


# কুরআন মজীদ
# (মনিপুরী)

## Manipuri Translation
## of
# The Holy Quran

# THE HOLY QURAN

Arabic text with MANIPURI Translation

Translated into Manipuri From English
By
**AHMAD HASAN** (Manipuri)

Published under the auspices of
**HAZRAT MIRZA TAHIR AHMAD**
Fourth Successor of the Promised Messiah
and Head of the Ahmadiyya Movement in Islam

**1991**

Islam International Publications Ltd.
**ENGLAND**

## লাইরিক ফোংবা মীশিংগী নোট

লোল হন্দোকপা মী — অহমদ হসন

চুমথোক-শেমদোকপা মী — অল-হজ্জ মুহম্মদ রহিমুদ্দীন অহমদ সাহ

রিটায়ার্দ এমঃ সিঃ এসঃ অমসুং মুহম্মদ যহয়া বিঃ এঃ, বিঃ টিঃ

ছাপাগী অরানবা চুমথোকপা মী — ফিরোজ অহমদ রফিক বিঃ কোম

ঐখোইনা উৎচরি তৌবিমল খঙবা ভদ্রলোকশিং লোয়নমক্তা মখোইনা অহিং-নুংথিল চুপ্পা য়াম্না কন্না হোৎনদুনা মীতৈ লোলদা হন্দোকপিখিবগী, মতম কুইনা খৎনা ইবা লামায়শিং পাবিদুনা অশোয়বশিং শেমদোকপিখিবগী অমসুং ছাপাগী অরানবশিং চুমথোকপিখিবগী. লোল হন্দোকপসি মৌলবী শের অলী সাহেবকী ইংরাজী তরজুমানগীনি।

লাইরিক অসি ছাপা তৌবগী অচঙবা খরচপুম্বা পুথোকখি .............................. মোকাররম মোহাম্মদ সঈদ সাহেব মরুব্বীয়ে সিল্‌সিলা আহমদীয়া —————— না। ঐখোইনা থরাইপুম্বা পুকনিংপুম্বা অমসুং পাঙ্গল পুম্দমক য়াওনা দুআ তৌজে অল্লাহনা মহৈ পীবিনবা মখোইবু নৈরাং খয়োম শানা অমসুং য়াবিনবা মখোইগী পুকচেল শেংনা কখোকচবসি।

অশেংবা ধর্ম্ম শাস্ত্র অসি লাংথোকচবনা মীতৈ লোল ডাঙবা ইচিন-ইনাওশিংগী মফমদা, ঐখোইনা নীজে অল্লাহনা লমজিং মৈরা উহলবিনবা মখোইবু অমসুং মতাংদুনা মখোইনা ফংজনবা খুদোংচাবা তম্বিবশিংগী অল্লাহগী কিতাবসিদগী মসি থাবিরকখি মীওইবা জাতি অপুম্বদা।

তরজুমহদা ব্রেকেট মপানগী ৱাহৈশিং টেক্সটগী অশেংবা অর্থনি অমসুং ব্রেকেট মনুংগী ৱাহৈশিং তাহেনবনি নাতৈ চাবনি পাবদা অপাবশিংনা হেন্না নুংঙাইনঙাইনি অমসুং অর্থ মুন্না খঙনঙাইনি।

কিতাব অসি ছাপা নম্নবা শেমগৎ শাগৎপদা জনাব মৌলবী সুলতান আহমদ জাফর সাহেব মিশনারী-ইন-চার্জ, কলিকতানা য়াম্না তেংবাংবিখি। মরম অদুনা লোল হন্দোকপিখিবা অমসুং ফোংবা য়ানবা মতং তাহনবিখিবা অমসুং ছাপাগী অরানবা চুমথোকপিখিবা অমসুং কন্না তেংবাংবিখিবা মখোই পুম্নমক্কী মফমদা হন্না-হন্না থাগৎচরি অমসুং মখোইনা পুমচেল তিংনা তৌখিবাপুম্বা শীংথানদুনা অমুকা লোয়ররোই।

লাইরিক ফোংবা মীশিং

## রাহৌদোক

কুরআন হায়বসি অশেংবা ধর্ম্ম-গ্রন্থনি মুসলিমশিংগী। মসি ফোংদোকপিরকখি রাহে মথাং য়ৈনা অল্লাহনা মহাক্কী মনাই নিপা হজরত মুহম্মদ রসুলুল্লাহদা (অল্লাহগী অঙ্গংবা লৈহনবিসনু মহাক্কী মথক্তা), অরবদা, চহি ১৪০০ গী মমাংদা।

ফোংদোকপিবগী থবক পরিং, হৌবিখি ৬১০ ইংদা, মতমদুদা নবী করীমগী মপুন্সি চহি ৪০ রোম শুরম্মী, শন্দোক-শাংদোকপিখি চাওরাক্লা চহি ২৩ চুপ্পা। যুগ অদুদা অরব লৈবাক্তা লাইরিক ইবা-পাবা হৈবগী চাং য়াম্না হন্থরমলবসু, কুরআনগী শৈরেংশিং চেজনখি ফোংদোকপিরকপা হৌবদগী হৌনা। অতোপ-অতোপ্পা অইবশিং হাপখি তোঙান-তোঙানবা মতমদা অশেংবা থবক অসিগীদমক, মখোইগী মরক্তা খঙনরবা মীশিংদি ওইরম্মী ঃ

অবু বকর, অলী, জৈদ বিন সাবিত, জুবৈর ইবন
অল-ঔরাম (অল্লাহনা য়াবিসনু মখোই পুম্নমকবু)।

অসিগী মথক্তা, নবী করীমগী (অল্লাহগী অঙ্গংবা লৈহনবিসনু মহাক্কী মথক্তা) তিন্নবা মী মশিং য়াম্না চীনফা পুনখি কুরআন — মদু হেক-হেক ফোংদোকপিরকখিবদা। সাহিত্যগী ওইবা থবক মরাংকায়না চীনফা পুবগী থবক অনৌবা ওইনা থোকলমদে অরবীশিংদা। অওইবমক, মখোই হরাওদুনা চাউথোকনরম্মী মখোইগী মহৌশাদগী থোইদোকপা থমজিনবা ঙম্বগী নীংশিঙনবা পাঙ্গল অমসুং খন্নরম্মী লাম্বা লৈতরবনি হায়না হীরম অসিদা। মখোইগী মরক্তা খরবু খঙনৈ চীনফা পুখি হায়না শৈরেং তাংকক লিশিং তরাদগী হেন্না তোঙান-তোঙানবা অরবী কবিশিংগী। মরমসিদগী, অনি থোকপা শাজৎ কুরআনবু ঙাক-শেন্নবগী চৎনরকখি অমসুং পুকনিং চিংশনখি মাগী শৈরেং পরেংশিং থারকপা হৌবদগী লোয়বা ফাওবা, মদুগী ফল ওইনা কুরআনগী ময়েক পরেং লৈখি হোংদোকপা ঙমদনা অমসুং তেক-কায়দনা নোংচুপরোমগী তোঙান-তোঙানবা পণ্ডিতশিংনা হোৎনবমখৈ হোৎনখ্রবসু অফ-ফত্ত নৈনবগী থবক কুরআনগী মরমদা, মখোই করিসু তৌবা ঙমখিদ্রে। অফ-ফত্ত নৈনবগী থবক চপচানা পায়খৎখ্রবা মতুংদা দোশ-গুণ নৈনবা মীশিংনা চুম্মি হায়না য়াখ্রে মদুদি কুরআন মজীদ ঙসি ঐখোইনা ফংলিবসি চপচানা মান্নবনি হুজুর রসুলুল্লাহনা (অল্লাহগী অঙ্গংবা লৈহনবিসনু মহাক্কী মথক্তা) পীথরম্বা অদুগা মহাক্কী তিন্নবশিংদা, অল্লাহগী ফোংদোকপিরকপা রাপাও ওইনা।

Sir William Muir না, মহাক্কী লাইরিক, Life of Mahomet, London 1912, vol 1 PP xxii-xxiii দা অসুম্না ইরম্মী ঃ

"খৎনগনবা অমসুং কন্না য়েংথীনখ্রবা কাঙলুপশিং, মচীন তুমখৎলক্তুনা উশমান মশামকপু হাৎখিবদা কুমজা চাম গী শরুক মরি থোকপগী অমগী মনুংদা মহোমতনা শিখিবদগী, মতম অদুদগী হৌনা মহোমতান ররলড শে গায়বা হৌখি। অদুম ওইনা ওইনমকপু কোরান অমদি চৎনরম্মী মখোইগী মরক্তা; অমসুং মত তিন্নবা শীজন্নবনা মখোই পুম্নমক্লা যুগ খুদিংদা ঙসি ফাওবদা ধর্ম্ম-গ্রন্থ অদুমক, মসি য়েৎলুবা য়াদ্রবা প্রমাণনি মদুদি হৌজিক ঐখোইগী মাংদা লৈ

তশেংবা ৱারেং অদুখক্তা শেম-শাদুনা থম্বিরমখ্রবা মরায়বক থীখ্রবা খলিফহগী ময়াথংনা। চুম্মি হায়না প্রমাণ তৌবা য়াবা অতৈ অতোপ্পা লাইরিক অমতা লৈতে ররলডদা মদু লৈরকলবা কুমজা চামা চুপ্পা (কোরান) অদুগুম্মা ৱারেং তশেং-তশেংনা।"

E.M.Wherry না, মহাক্কী A Comprehensive Commentary of the Quran, London, 1896, P.349, vol 1 দা ইরম্মী ঃ

"কুরআনগী টেকষ্টসি খ্বাইদগী হেন্না শেংবনি অরিবা লাইরিক পুম্নমক্তগী।"

Lane Pool না ইরম্মী মহাক্কী Selections from the Kuran, Turnber, London 1879, Introduction, Page C :

মসি অচৌবা মতিক মগুণনি কুরানগী মদুদি মাগী অশেংবগী মরমদা চিংননিঙঙাই করিসু লৈতে ...............মাগী ৱাহৈ ৱাতা হৌজিক ঐখোইনা পাজরিবসি পুরা থাজবগা লোয়ননা লৈরকলি ওথোকপা ইলৈ লৈতনা কুমজা চা তরাহুমথোইরোম।"

Bosworth Smith না ইরম্মী মহাক্কী Mohammad and Mohammadamism, London 1874, Page 22 দা ঃ

"কুরান্দা ঐখোইনা ফংই চিংনবা করিমতা লৈতনা অশেংবা ৱাহৈশিং মুহম্মদকী, করিমতা খায়দোক্তনা অমসুং করিমতা হাপচন্দনা।"

অমসুং অরোয়বদা, Professor T.W. Arnold না ইরম্মী মহাক্কী Islamic Faith, London, Page 9 দা ঃ

"সংস্করণ তৌরবা লাইরিক অসিগী টেকষ্ট তশেংবমক চানৈ মুহম্মদ মশামক্তা তশেংনা ঙাঙখিবগা।"

মসিনা দাবি তৌরি অরোয়বা ৱাহৈ ওইনা অল্লাহগী ৱায়েলগী অমসুং মপুংফাবা কিতাব ওইনা লমজিংনবগী মীওইবা জাতিবু।

মসিখক্তনি স্বর্গগী লাইরিক মদুনা অচুম্বনি হায়না য়ারিবা নুবুরতকী শক উৎলিবা থৌদোকপু পৃথিবীপুম্বগী শক উৎলিবা থৌদোক ওইনা, অমসুং হন্না-হন্না খঙহল্লি মদুদি মীশিং তোঙান-তোঙানবা জাতিশিংগী ররলডগী লৈবাকশিংদা লৈবনা ফংখি স্বর্গগী ফোংদোকপিবা ৱাপাও মতম অমদা নত্তগা অতোপ্পদা মীওইবা জাতিগী ইতিহাসদা। অসুম্না খঙহনবিরি কুরআন্না ঃ

(৩৫ ঃ ২৫) وَإِن مِّنْ أُمَّةٍ إِلَّا خَلَا فِيهَا نَذِيرٌ ○

(অদুগা জাতি অমতা লৈতে (পৃথিবীদা) মখোইদা চেকশনহন্নবগী পাওমেনবা মী থাবিখিদবা)

(১৬ ঃ ৩৭) وَلَقَدْ بَعَثْنَا فِي كُلِّ أُمَّةٍ رَّسُولًا أَنِ اعْبُدُوا اللَّهَ وَاجْتَنِبُوا الطَّاغُوتَ

(অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা থোকহনবিখি রসুল অমমম জাতি খুদিংদা (ধর্ম্ম

পাওতাকনবগী)ঃ "অল্লাহগী ভক্তি তৌ অমসুং থাদোকও শৈতানবু")

অসুম্না মসিনা য়াদে দাবি নুবুরতকী শক উংলিবা থৌদোকনু গুমখৈনাখ্রে প্রোফেটশিংগী শাগৈ প নবিরিবা অদুদা ওলড অমসুং নিউ টেষ্টামেণ্টদা। কুরআন্না ..ুগী মরমদা খণ্ডহল্লি রাখল পৃথিবীপুম্বগী ওইবা অল্লাহ অমা, মহাক্তি মীচং-মীখায় নাইদবনি, নুংশিহৈবনি, থৌজালহৈবনি অমসুং চপ মান্নবা তৌবিবনি মহাক্কী মনাইশিংবু, করিগুম্বা শাগৈ, শীংলুপ নত্ত্রগা জাতি অমা মখোই হেক ওইরবসু।

কিতাব অসিদা মরু ওইহল্লিবদি অল্লাহগী একেশ্বরবাদ (অমতা ওইবা ফিবম)নি, মদু য়েংথোকপা য়াদে নত্ত্রগা মশিং য়ামখৎহনবসু য়াদে। মরী লৈনবা মওং অমতা কুরআন্না লৈ হায়বিরি লৈশেম-নুংশেম্বা অমসুং শেম-শাবিখিবগী মরক্তা। কনামতা মপু ওইমিন্নদে (-শরুক লৌদে) মহাক্কী মিংচৎকী করিগুম্বা মওং অমদা হেক ওইরবসু। কনামতা শরুক লৌদে মহাক্কী মতমপুম্বদা লৈবগী। ট্রিনিটি (অহুমনা তিনবা মপুম) অমসুং সনসিপকী (মচা নিপা ওইবগী) রাখল তশেংনা য়াবিদে কুরআন্না। অল্লাহগী লৈতে মতু নত্ত্রগা মচা নিপা।

قُلْ هُوَ اللَّهُ أَحَدٌ ۝ اللَّهُ الصَّمَدُ ۝ لَمْ يَلِدْ وَلَمْ يُولَدْ ۝ وَلَمْ يَكُن لَّهُ كُفُوًا أَحَدٌ ۝

(২) হায়য়ুঃ মহাক অল্লাহনি, একা মথন্তনি; (৩) অল্লাহদি মনীং তম্বনি অমসুং হায়জফমনি পুম্নমক্কী। (৪) মহাকনা পোক্তে কনামতা নত্ত্রগা মহাকপু পোক্তে কনানসু; (৫) অমসুং মহাক্কা মান্নবা কনাসু লৈতে।

কুরআন্না তাকপিরি মরু ওইবা থাজবা (মখল) তরুক — মদুদি ঃ থাজবা (১) অল্লাহদা, (২) ফরিশতহশিংদা, (৩) কিতাবশিংদা, (৪) নবীশিংদা, (৫) শিবদগী অমুক হিংগৎহনবদা অমসুং রায়েল বিচারদা, অমসুং (৬) অল্লাহগী হুকুমদা মদুনা পুংকোয়-কোয়শল্লি পোৎ পুম্নমক।

কুরআন্না য়াদে পাপ স্বত্ব ফংই হায়বা ধর্ম্ম মতসি অমসুং দাবি তৌই মদুদি মী খুদিংমক পোকই অশেংবা ওইনা, আত্মাগী আশোয়বা অমদি দোশ চেন্দনা। অল্লাহদি মীচং-মীখায় নাইদবতা নত্তনা য়ৌনা ঙাকপি-কনবিহৈবনি, য়োনজ-কোকপিহৈবনি অমসুং থৌজালবিহৈবনি। মহাক্তি মপুনি পোৎ পুম্নমক্কী, মহাকনা ঙাকপি পাপ মহাকনা তশেংবমক চানবিরবদি। পাপীনা শুদোক - চামথোকপা য়াই মহাক্কী মপাপশিং মহাক্কী নুংনাংবগী পিনা রাখৈদুনা, অল্লাহনা য়াবিরবদি অসিগুম্বা নুংনাংবসি।

পাপ্তগী কনবিবা, কুরআন্না তম্বিবগী মতুংইন্না, লৈ মতমদুমক্তদা পুকনিং হোংবগী মী খুদিংদা করি নুংগী তৌরুবনো হায়না নুংনাংবা ফোংদোকচবা অমসুং ফত্তবা চুমথোকচবা মশামকপু, অমসুং ওনশনজবা মহাক্কী থরাই অমসুং হকচাং থোকহল্লিবা মপুদা থরাই অপুম্বা, পুকনিং অপুম্বা অমসুং পাঙ্গল পুম্নমক য়াওনা। অসিগুম্বা পুকনিং হোংবা মতৌসি করিগুম্বা অল্লাহনা য়াবিরবদি, পী অনৌবা মপোক অমা অনৌবা পুন্সি অমা, করিসু য়েংশনবিদনা মহাকনা তৌখিবা পাপশিং মমাংগী পুন্সিদা।

হজরত যিশু খৃষ্টগী ফম (অল্লাহগী অঙ্গংবা লৈহনবিসনু মহাক্কী মথক্তা), কুরআন্না

তাকপিবগী মতুংইন্না, নবী অমনি ঈকাইখুম্নখ্রবা অমসুং অরাংবা খুবমদা থাঙ্গৎপিখ্রবা। কুরআন্না য়াদে মীয়ামগী রাখল মতা হজরত যিশু খুদাগী মচা নিপানি অমসুং মহাক শিখ্রে ক্রোশদা, পাপ্তগী কনবিনবগীদমক মীওইবশিংবু। কুরআন্না তশেংবমক লাল্লে হায় য়হুদীশিং অমসুং খৃষ্টিয়ানশিংগী দাবী মদুদি হজরত যিশুবু ক্রোশদা ফলাং চনবিখ্রে শিদরিবা ফাওবা। কুরআন্না তাকপিবা মতুংইন্না, মহাক্কী য়েক্লবশিংনা ঙমখিদ্রে হাৎপা মহাকপু ক্রোশদা ফলাং চনশন্দুনা। মহাক্কী হাকচাংদু লৌথখিবা মতমদা মহাক মপুংফানা পংথরম্মী য়ামফক তারম্মী শিবা মাল্লম্মী, মরমসিদগী ভাবনা শাবা অমসুং মফম-মরাং খঙদবা মওং পুম্নমকসিনি মহাক ক্রোশথক্তা শিখ্রে হায়নবসিনি। কুরআন্না শৌগৎলি হজরত যিশু মমানা মরাল লৈতবী ওইনা পোকখি অমসুং মরাল কোকপি মহাকপু হায়নবা পুম্নমক্তগী, মরোল শুনা লীবিদুনা মহাকপু শাজৎ শেংবা নুপী অমা ওইনা।

ক্রোশদা য়ানখ্রবা মতুংদা য়হুদীশিংনা হায়জখি পাইলেটদা যিশুগী হকচাংদু পীবিনবগী মখোইদা। মখোইনা চিংনবা লৈতনা থাজখি মদুদি যিশু হিংগৎলক্কনি (মথিউ ২৭ ঃ ৫৭-৬১ ; লূক ২৩ ঃ ৫০-৫৬ ; মার্ক ১৫ ঃ ৪২-৪৩ ; যোহান ১৯ ঃ ৩৮-৪২)

ধর্ম্ম শাস্ত্র পুম্নমক্কী মরক্তা. কুরআন্না তোমথিন্নি মাগী তোপ-তোপ্পা কায়দগী শাজৎ অতৈ ধর্ম্মশিংগী মফমদা। মানা অচুম্বনি হায়না য়াই বাইবলগী প্রোফেটশিংবু অমসুং য়াথংনবি মুসলিমশিংবু থাজ্জৌ হায়না প্রোফেট পুম্নমকপু-মখোই করিগুম্বা মফম অমদা ফোংলকখিবা ওইরবসু, ঈমানগী য়ুমফমগী রাফম অমা ওইনা।

(৯৮ ঃ ৪) فِيهَا كُتُبٌ قَيِّمَةٌ ۝

(মদুগী মনুংদা য়াওরি কুইনা চৎনগদবা য়াথংশিং)

ধর্ম্ম পুম্নমক্কী মরু ওইবা পাওজেন, কুরআনগী মত মতুংইন্না. অহানবদা চপমান্নখি — হায়বদি (তাইবঙপানবগী) মপু অমদা থাজবনি; মহাকপু থৌগলবনি পুকচেন শেংনা অমসুং চাদিং তৌবনি অফবা মরমদা ফংনবগী মহাক্কী য়াবিবা।

অঙকপা কিতাব অসিগী থোইদোক হেন্দোকপা মতৌ পুম্নমক মাচা খায়না রাখন্ন্রা ওইথোকক্লবসু মফমসিদা, খুদোংচাবা খরদং ফংহন্নবগী অসিগুম্বা লাইরিক পাবা মীশিংগী ইসলামগী জ্ঞান খরদং লৈজবা, মসি মফম চাদবা ওইরোই শীংথানবদা নীংশঙনঙাই ওইবা শক্তম খরা।

কুরআন্না রা ঙাঙদে অরবীশিংতদা তৈইগুম্বসুং (মানা) ঙাঙই মীওইবা জাতি পুম্নমক্তা অমসুং লাউথোকই হজরত মুহম্মদ নবী (অল্লাহগী অঙ্গংবা লৈহনবিসনু মহাক্কী মথক্তা) অশুপ্পা নবীনি রুরলড অপুম্বগী।

মরু ওইবা পথাপসি নত্তবদা, লমচৎকী অমসুং সমাজগী তম্বিবশিং তোঙান-তোঙানবা ধর্ম্মশিংগী খেন্নবা য়াই চানহনবগী মখল-মখাগী ওইবা ফিবমশিং অমসুং দরকার ওইবশিং অতোপ-অতোপ্পা, মতমদা তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা সংসারগী। অদুম ওইনমক,

য়েংশিনবা য়াই মদুদি তোরহ অমসুং গোসপেলস অতে লাইব্রিকশিং গুম্না অচুম্বনি হায়না য়ারবসু অল্লাহগী ফোংদোকপিবা রাপাওশিংনি হায়না কুরআনুল করীমনা, অদুম ওইনা ওইনমকপু, অসিসু হায়বিরি মদুদি মখোই লৈখিদ্রে তশেং-তশেংবা ওইনা। মতমগী য়াওন মতুংইন্না, স্বর্গগী কিতাবশিংসি মীনা শেমদোকখ্রে অমসুং মোৎহনবিখ্রে। চানদবশিং, নাতৈ চাদবশিং অমসুং ওন্ন-তৈনবশিং ঙসি ঐখোইনা ফংলিবসি স্বর্গগী কিতাবশিংসিদা, অসুম্না কুরআন্না মরম অমা পীশিন্দুনা রা লোয়শনবিখ্রে, শেমদোক-শাদোকখ্রবা অমসুং মোৎহনবিখ্রবগী অখঙবা-অউবা পোৎ ওইনা।

মী শেমলকপগী মরুদ-মরু ওইবা পান্দমদি অল্লাহগী থৌগল তৌনবনি। কুরআনগী তম্বিবশিংদা, মানা হায়দে কোক নত্তুগা হকচাং লুকথদুনা খুরুম্বা অমসুং দণ্ড ব.ৎ তৌনবতা মহাকপু তৌইগুম্বসুং মহাক হোৎনবা তাই লৌশিন্নবগী মহাক্কী মগুণশিং অদুনা মহাক ওইরক্নবা অচুম্বা মহুৎ অমা অল্লাহগী পৃথিবীদা, তশেংনা উখোক্তুনা মহাক্কী মঙাল অমসুং থৌজালহৈবা।

তাইবঙ মীদি মহাক্কী মকোক ওইবা খুৎশেমনি জগত্তা অমসুংফংই অরাংবা ফম অমসুং ইজ্জৎ জীব পুম্নমক্কী মথক্তা। মহাকনা ফংলবসু ঈকাইখুম্নবা ফম খুৎশেম অতৈগী মথক্তা, জাতিগী থক থোংবা রাখল মী মশেলগী মরক্তা তশেংনমক য়াদে কুরআন্না। মহাক্কী থরাই অমসুংহকচাং থোকহনবা মপুগী মিৎয়েংদা, মহাকপু লাউথোকপিনি অতৈদগী হেল্লবনি হায়না মহাকনা হেন্দোক থোইদোকলবদি অতে অতোপ্পশিংবু লমচৎ ফবা অমসুং ধর্ম্ম লম্বীনবদা।

কুরআনগী তম্বিবশিংনা কোনশিল্লি মীওইবশিংগী খুদোংচাবা অমসুং থৌদৌ পুম্নমক মপুংফাবা, ওইনা ধর্ম্মগী, সমাজগী, শেলহৈনা শীজন্নবগী অমসুং লীচৎ-শাজৎকী পথাপ, মদু মীপুম খুদিংমক্তা তৌবা ঙম্মি। মসিনা হায়বিরি মদুদি করিগুম্বা পথাপ অমতা, মদু ফনা ফরবসু, থবক তৌবা য়াদে চপচানা নপশিন্দরবদি মপুংফাবা লীচৎ-শাজৎকী গুণশিংদা।

কুরআন্না শুগায়না তাকলি হকশিং অমসুং তৌফম থোকপা থবকশিং তোঙান-তোঙানবা মীশিংগী অমসুং খায়দোকপা শরুকশিংগী সমাজগী মনুংদা মপুংফানা মত তিন্নবা লৈমিন্নবা সমাজগী মফম নাইবা মথমদা অমসুং য়াওহন্দনবা য়েৎনবা (অমদি য়ানদবা) মতাং মীশিংগী মরক্তা। অসুম্না মসিনা তাথোকই রাখল খেন্নবা কাঙলুপ থেঙ্নায়নবগী অমসুং মশাগী ওইনবা মীবু মীনা শীজন্নবা করিগুম্বা মওং অমদা।

অদুদা নত্তনা কুরআন্না তাকথোকলি নুপীশিংগী হক-অমসুং পী মখোইবু ঈকাইখুম্নবগী থাক মীওইবগী সমাজদা। স্বর্গগী কিতাবশিংগী মরক্তা কুরআন্তনা লেপই অসিগুম্বা রায়েলশিং স্বত্বগী মদুনা কন্নবা নুপীশিংগী হক স্বত্ব ফংবদা।

অচুম-অরান খনবগী নীংতম্বা হায়বসি অতোপ্পা মরুওইবা লৈক্ষনানি কুরআন্না তম্বিবশিংগী। মীদা অল্লাহনা পীবি নীংতম্বা অপাম্বা খনবদা — ধর্ম্মদা থাজবা নত্তুগা থাজদবা মী মহাক্কী খুশীনি — অমসুং কনা অমতবু য়াথংনবিদে নমফু তোবা ধর্ম্মদা। ধর্ম্মদা থাজবগী মতাংদা, মীনা হিসাব পীবা তাই অল্লাহদা। ভাবনা শাগৎপা রাখল অকনবনা ননশিনবা য়াদে মহাক্কী মথক্তা, নত্তুগা মহাকপু অকনবনা থাদোকহনবা য়াদে মহাকনা (মথরাইপুম্বা য়াওনা)

থাজরিবদু। রাহৈনা তকশিন্দুনা য়াহনবা অমসুং লৌশিংগী পাঙ্গল শীজন্নবদি চৎনবা য়াবগী য়াথংনবিবা অমতমক ঙাইবা পাম্বৈনি অওনবা অমা পুরক্কবা মীগী রাখল খনবদা।

(২ঃ ২৫৭) لَآ إِكْرَاهَ فِى ٱلدِّينِ

(ধর্ম্মদা নমদুনা তৌহনবা লৈতে)

(৮ঃ ৪৩) لِيَهْلِكَ مَنْ هَلَكَ عَنۢ بَيِّنَةٍ وَيَحْيَىٰ مَنْ حَىَّ عَنۢ بَيِّنَةٍ

(অদুনা কনাগুম্বা শিখিবনা তশেংবা খুদমগা লোয়ননা শিখিনবা অমসুং কনাগুম্বা হিংহৌবনা তশেংবা খুদমগা লোয়ননা হিংনবা)

কুরআন্না তম্বি মদুদি মীগী থরাইনা লৌই অনৌবা য়াওন অমা হিংবগী শিরবা মতুংদা। লায়বক অমসুং নোংদম্বা মী অমগী থরাইগী চপচানা লেপই মী মশাগী থবকশিং অমসুং শাজৎনা। মী খুদিংগী ফত্তবা নত্তগা অফবা থবকশিংনা রারেপই রারম মহাক্কী আশা তৌরিবা শিরবা মতুংগী পুন্সি।

কুরআন্না দাবি তৌরি মদুদি ইসলাম হায়বসি পাওজেন্নি মঙালগী মদুনা মতম কুইনা কন্না হোৎনরবা মতুংদা কায়থংদা মায়থীবা পীগনি অমম্ববু! (তুংদা ওইরক্কদবা রা তাকথোকপি কুরআন্দা মদুদি অকোনবা মতমদা ইসলামনা জয় তৌগনি অতৈ অতোপ্পা ধর্ম্মশিংবু অমসুং ভাবনা শাগৎপশিংবু — হায়খিবা মতুংইন্না খঙদুনা লূনা নুংশিনা তৌরিবা পন্থুংফম পৃথিবী পুম্বগী ওইবা ধর্ম্ম অমগী মীওইবা জাতি পুম্নমক্কী ধর্ম্মশিং অমসুং ভাবনা শাগৎপশিং)। ইসলামগী অরোয়বা জয়সি নবী করীমগী 'পেশীনগোয়ী' (তুংদা ওইরক্কদবা রা হায়বা) মতুংইন্না ফংবা তারম্মী মহাক্কী মনাই নিপা অমনা, মহাক্কী কোলোয় মমিং কৌগনি মহদী অমসুং মেসিয়হ, মতেংনা ন্যায়শাস্ত্রগী, লৌশিংগী পাঙ্গল শীজিন্নদুনা অমসুং রাহৈনা তকশিন্দুনা য়াহনবনা। হৌখিবা শতাব্দীগী লোয়রমদাইদা, অহমদীয়া মুসলিমশিংনা থাজবগী মতুংইন্না, মথক্তা হায়খিবা পেশীনগোয়ী অসি পাংথোকপা ওইনা, হজরত মিরজা গুলাম অহমদ (কাদিয়ান) থোকহনবিখি অল্লাহনা, রাশকপিখিবা রিফোর্মর (চুমথোক-শেমদোক-পাম্বা মী)নু ওইনা যুগ অসিগী মহদী অমসুং মেসিয়হ কোলোয় মমিংনা হেম্মোইনদুনা। মহাকনা হৌবিখি জমা'অত অমা ১৮৮৯ ইংদা, অমসুং মিং থোনবিখি মসিবু অহমদীয়া মুসলিম জমা'অত হায়না ইসলামগী পন্নুংদা। জমা'অত অসিনা মানা হৌবদগী থবক হৌবিখি ইসলামগী পাওজেল লাউথোকপা অঙাংবা পাম্বৈনা, রাহৈনা তকশিন্দুনা অমসুং রাখল চুম্না থলহন্দুনা—অদুগী মথক্তা সেবা তৌদুনা মীওইবশিংদা ররলডগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা। হৌজিক য়ৌবফাওবগী মনুংদা, জমা'অত অসিনা ঙমখ্রে ফংবা তুংইনবা মীকোকশিং ইসলামদা ররলডগী লৈবাক চামদগী হেনবদা অমসুং (হৌজিকসু) চথরি হোৎনবদু মায়কৈ অসোমদা। তশেংবমক কিতাব অসিবু মীতৈ লোলদা হন্দোক্কুনা পুথোকলিবসি অতোপ্পা মরু ওইবা থোঙথাংনি সম্প্রদায় অসিনা লৌখৎচরিবা অচৌবা থৌরম পরেংগী মায়কৈদা। অল্লাহপাকনা চানবিবা ওইসনু মসি মতোল লোম্নবা (আমীন)।

---

## হীরম পরেং

سُوْرَةُ الْفَاتِحَةِ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ১ অল-ফাতিহহ

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৭ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহগীনি, মপুনি সংসার পুম্নমক্কী,

اَلْحَمْدُ لِلّٰهِ رَبِّ الْعٰلَمِيْنَ ②

৩। থৌজালহৈবনি, নুংশিহৈবনি,

الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ③

৪। মপুনি রায়েল বিচার নুমিৎকী,

مٰلِكِ يَوْمِ الدِّيْنِ ④

৫। নহাক্তবু ঐখোইনা খুরুমজে অমসুং নংঙোন্তদা ঐখোইনা নীজে মতেং।

اِيَّاكَ نَعْبُدُ وَاِيَّاكَ نَسْتَعِيْنُ ⑤

৬। লমজিংবিয়ু ঐখোইবু অচুম্বা লম্বীদা—

اِهْدِنَا الصِّرَاطَ الْمُسْتَقِيْمَ ⑥

৭। নহাকনা চানবিখ্রবশিংনা চৎখিবা লম্বীদা, নত্তে নহাকনা শাউবিখ্রবশিংনা চৎখিবদু অমসুং নত্তে লম্মুক্লবশিংনা চৎখিবদু।

صِرَاطَ الَّذِيْنَ اَنْعَمْتَ عَلَيْهِمْ ۙ غَيْرِ الْمَغْضُوْبِ عَلَيْهِمْ وَلَا الضَّآلِّيْنَ ⑦

سُورَةُ الْبَقَرَةِ مَدَنِيَّةٌ (٢)

অল-বকরহ সূরহ ২

হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ২৮৭ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা

بِسْمِ اللهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। ঐ অল্লাহনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি (অনল্লাহ অ'অলমু)

الٓمّٓ ②

৩। মসি মপুংফাবা কিতাবনি; মসিদা চিংনিঙঙাই করিসু লৈতে; মসি লমজিংনি ধর্ম্ম ফম্বৈনবা মীশিংগীদমক্তা।

ذٰلِكَ الْكِتٰبُ لَا رَيْبَ فِيْهِ هُدًى لِّلْمُتَّقِيْنَ ③

৪। মখোইনা থাজে মশক উদবদা অমসুং তৌই নমাজ (অল্লাহ খুরুম্বা),অমসুং তৌই খরচ ঐখোইনা পীখিবা অদুদগী মখোইগীদমক্তা;

الَّذِيْنَ يُؤْمِنُوْنَ بِالْغَيْبِ وَيُقِيْمُوْنَ الصَّلٰوةَ وَمِمَّا رَزَقْنٰهُمْ يُنْفِقُوْنَ ④

৫। অমসুং মখোইনা থাজে নংঙোন্দা ফোংদোকপিখিবা অদুদা, অমসুং নংগী নমাংদা ফোংদোকপিখিবশিংদা, অমসুং মখোইনা থাজে শিরবা মতুংগী পুন্সিদা।

وَالَّذِيْنَ يُؤْمِنُوْنَ بِمَآ اُنْزِلَ اِلَيْكَ وَمَآ اُنْزِلَ مِنْ قَبْلِكَ وَبِالْاٰخِرَةِ هُمْ يُوْقِنُوْنَ ⑤

৬। মখোইসি চপচানা ইল্লি লমজিং মখোইগী মপুগী অমসুং মখোইসি মমায় পাক্কনি।

اُولٰٓئِكَ عَلٰى هُدًى مِّنْ رَّبِّهِمْ وَاُولٰٓئِكَ هُمُ الْمُفْلِحُوْنَ ⑥

৭। অচুম্বা থাজদবশিংদু—মখোই অদুগী অদুমঙাই নংনা ৱারকলবসু মখোইবু নক্তগা ৱারক্তরবসু মখোইবু— মখোই অচুম্বা থাজররোই।

اِنَّ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا سَوَآءٌ عَلَيْهِمْ ءَاَنْذَرْتَهُمْ اَمْ لَمْ تُنْذِرْهُمْ لَا يُؤْمِنُوْنَ ⑦

৮। অল্লাহনা চুম নম্বিখ্রে মখোইগী থম্মোইশিংদা অমসুং মখোইগী মনাকোংশিংদা, অমসুং মমিৎশিংদা পর্দা খনবিখ্রে; অমসুং মখোইগী-দমক্তি অচৌবা ৱায়েল-চৈরাকনি।

خَتَمَ اللهُ عَلٰى قُلُوْبِهِمْ وَعَلٰى سَمْعِهِمْ وَعَلٰٓى اَبْصَارِهِمْ غِشَاوَةٌ وَّلَهُمْ عَذَابٌ عَظِيْمٌ ⑧

২ শুবা রুকূ

৯। অদুগা মীশিংগী মরক্তগী খরনা হায়ঃ ঐখোইনা থাজে অল্লাহবু অমসুং 'আখেরত' (অরোয়বা নুমিৎ)পু, তৌইগুম্বসুং মখোই নত্তে অচুম্বা থাজবশিং।

وَمِنَ النَّاسِ مَنْ يَّقُوْلُ اٰمَنَّا بِاللهِ وَبِالْيَوْمِ الْاٰخِرِ وَمَا هُمْ بِمُؤْمِنِيْنَ ⑨

১০। মখোইনা তৌই নমথাক তৌগদৌবগী অল্লাহবু অমসুং অচুম্বা থাজবশিংবু, তৌইগুম্বসুং মখোই মশানা মশাবু নমথাক তৌজবনি ; অদুবু মখোইনা খঙদে (মদু)।

يُخٰدِعُوْنَ اللّٰهَ وَالَّذِيْنَ اٰمَنُوْاۚ وَمَا يَخْدَعُوْنَ اِلَّاۤ اَنْفُسَهُمْ وَمَا يَشْعُرُوْنَ ⑩

১১। মখোইগী মথম্মোইশিংদা অনাবা অমা লৈ, অমসুং অল্লাহনা হেনগৎহল্লি মখোইগী অনাবদু ; অমসুং মখোইগীদমক্তি অৱাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাকনি মরমদি মখোই মীনমজাওবশিংনি।

فِيْ قُلُوْبِهِمْ مَّرَضٌۙ فَزَادَهُمُ اللّٰهُ مَرَضًاۚ وَلَهُمْ عَذَابٌ اَلِيْمٌۢ ۙ بِمَا كَانُوْا يَكْذِبُوْنَ ⑪

১২। অদুগা মখোইদা কনাগুম্বনা হায়বদা "ফত্তবা শন্দোক্কনু পৃথিবীদা," মখোইনা হায় : "ঐখোইদি অঙৈংবা পীনবা শীল্লাংবনি।"

وَاِذَا قِيْلَ لَهُمْ لَا تُفْسِدُوْا فِي الْاَرْضِۙ قَالُوْۤا اِنَّمَا نَحْنُ مُصْلِحُوْنَ ⑫

১৩। চেকশল্লু ! মখোইসে তশেংবমক ফত্তনবা শীনবা মী ওাকনি, তৌইগুম্বসুং মখোইনা খঙদে (মদু)।

اَلَاۤ اِنَّهُمْ هُمُ الْمُفْسِدُوْنَ وَلٰكِنْ لَّا يَشْعُرُوْنَ ⑬

১৪। অদুগা মখোইদা অসি হায়বদা : "নখোই থাজৌ অতে মীশিংনা থাজবগুম্না," মখোইনা হায় : "করি ! ঐখোইসু থাজসিরা অপঙশিংনা থাজবগুম ?" চেকশল্লু ! তশেংবমক মখোইসি অপঙজাওবশিংনি, তৌইগুম্বসুং মখোইনা খঙদে।

وَاِذَا قِيْلَ لَهُمْ اٰمِنُوْا كَمَاۤ اٰمَنَ النَّاسُ قَالُوْۤا اَنُؤْمِنُ كَمَاۤ اٰمَنَ السُّفَهَآءُؕ اَلَاۤ اِنَّهُمْ هُمُ السُّفَهَآءُ وَلٰكِنْ لَّا يَعْلَمُوْنَ ⑭

১৫। অদুগা মখোইনা উনবা মতমদা অচুম্বা থাজবশিংবু মখোইনা হায় : "ঐখোই অচুম্বা থাজখ্রবনি," তৌইগুম্বসুং মখোই কনামতা য়াওদনা লৈমিন্নবা মতমদা লোয়নদুনা মখোইগী থৌজনবা লুচিংবশিংগা, মখোইনা হায় : "তশেংবমক ঐখোই অমতনি নখোইগা ; ঐখোইনা তাদুক করেমনরুবনি।"

وَاِذَا لَقُوا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا قَالُوْۤا اٰمَنَّاۚۖ وَاِذَا خَلَوْا اِلٰى شَيٰطِيْنِهِمْۙ قَالُوْۤا اِنَّا مَعَكُمْۙ اِنَّمَا نَحْنُ مُسْتَهْزِءُوْنَ ⑮

১৬। অল্লাহনা পীবিগনি চৈরাক মখোইনা করেম্নবগী অমসুং থাদোকপিগনি মখোইবু হৈনহনবিদুনা কা হেন্দোকপদা, কোয়চৎ-চৎহল্লি মমিৎ তাংবগুম।

اَللّٰهُ يَسْتَهْزِئُ بِهِمْ وَيَمُدُّهُمْ فِيْ طُغْيَانِهِمْ يَعْمَهُوْنَ ⑯

১৭। মখোইসি অরানবা লেপশল্লি লমজিংগী

اُولٰٓئِكَ الَّذِيْنَ اشْتَرَوُا الضَّلٰلَةَ بِالْهُدٰىۖ فَمَا

رَبِحَت تِّجَارَتُهُمْ وَمَا كَانُوا مُهْتَدِينَ ﴿١٦﴾

মহুত্তা, তৌইগুম্বসুং মখোইগী লপ্লোনবসি শেন্দোং লৈতে, নত্ত্রগা মখোই ইন্দে লমজিং।

مَثَلُهُمْ كَمَثَلِ الَّذِي اسْتَوْقَدَ نَارًا فَلَمَّا أَضَاءَتْ مَا حَوْلَهُ ذَهَبَ اللَّهُ بِنُورِهِمْ وَتَرَكَهُمْ فِي ظُلُمَاتٍ لَّا يُبْصِرُونَ ﴿١٧﴾

১৮। মখোইগী মান্নবা মতৌদি কনাগুম্বা অমনা হৌই মৈ অমা অমসুং মদুনা ইঙাল হেক ঙাল্লকপদা মহাক্কী অকোয়বদা লৈবা লোয়নমক, অল্লাহনা লৌথোকপিখ্রে মখোইগী মঙালদু অমসুং থম্বিখ্রে মখোইবু পুম্মম- মম্বদা; মখোই করিসু উখিদ্রে।

صُمٌّ بُكْمٌ عُمْيٌ فَهُمْ لَا يَرْجِعُونَ ﴿١٨﴾

১৯। (মখোই) মনা পঙলে, মরোল থোক্তরে (অমসুং) মমিৎ তাংলে; মরম অদুনা মখোই হনবা ঙমদ্রে (অচুম্বা লম্বীদা)।

أَوْ كَصَيِّبٍ مِّنَ السَّمَاءِ فِيهِ ظُلُمَاتٌ وَرَعْدٌ وَبَرْقٌ يَجْعَلُونَ أَصَابِعَهُمْ فِي آذَانِهِم مِّنَ الصَّوَاعِقِ حَذَرَ الْمَوْتِ وَاللَّهُ مُحِيطٌ بِالْكَافِرِينَ ﴿١٩﴾

২০। নত্ত্রগা নোং ঈশিং তাবগুম্বনি অতিয়াদগী, মদুদা পুম্মম মমশল্লি অমসুং নোং খোংই অমসুং যুগনি নোংথাং কুপই; মখোই থিংজল্লি মখুৎশাশিং মখোইগী মনাকোংশিংদা মরমদি বজ্র তাবদা মখোই শিগদ্রা হায়না কি। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা পুমকোয়-কোয়শন্দুনা থম্মি অচুম্বা থাজদবশিংবু।

يَكَادُ الْبَرْقُ يَخْطَفُ أَبْصَارَهُمْ كُلَّمَا أَضَاءَ لَهُم مَّشَوْا فِيهِ وَإِذَا أَظْلَمَ عَلَيْهِمْ قَامُوا وَلَوْ شَاءَ اللَّهُ لَذَهَبَ بِسَمْعِهِمْ وَأَبْصَارِهِمْ إِنَّ اللَّهَ عَلَىٰ كُلِّ شَيْءٍ قَدِيرٌ ﴿٢٠﴾

২১। যুগনি নোংথাং কুপ্পনা মাঙহনখিবগুম তৌখ্রে মখোইগী উবগী শক্তি। মদুনা খংঙাল-ঙাহোরকপদা মখোই প্রপ-প্রপ চৎলি; অমসুং মদুনা খংমম-মমশিল্লকপদা মখোই চপ হেক লেপই। অদুগা অল্লাহনা করিগুম্বা নীংলমলবদি, মহাকনা লৌথোকখিবা ঙম্মি মখোইগী তানবা অমসুং উনবগী শক্তি। তশেংবমক অল্লাহদি শক্তি লৈবনি তৌবা ঙম্বগী মহাকনা তৌনীংবা পুম্নমক।

৩ শুবা রুকূ

يَا أَيُّهَا النَّاسُ اعْبُدُوا رَبَّكُمُ الَّذِي خَلَقَكُمْ وَالَّذِينَ مِن قَبْلِكُمْ لَعَلَّكُمْ تَتَّقُونَ ﴿٢١﴾

২২। হে মীওইবশিং! কৎলু ভক্তি নখোইগী মপুদা, মহাকনা শেম শাবিখি নখোইবু অমসুং নখোইগী মমাংদা লৈরম্বশিংবুসু, অদুনা নখোই ওইরকপা য়ানবা ধর্ম্ম কায়দবা;

الَّذِي جَعَلَ لَكُمُ الْأَرْضَ فِرَاشًا وَالسَّمَاءَ بِنَاءً

২৩। মহাকনা শেমখি পৃথিবীবু নখোইগী

হিপ্প-ফমুং ওইনা, অমসুং সোরারেনবু য়ুমথক ওইনা, অমসুং মহাকনা তাহল্লি নোং-ঈশিং অতিয়াদগী অমসুং অদুগা লোয়ননা পানহল্লি উহৈশিং (মখল মখা য়াম্না) নখোইগী চিঞ্জাক্কীদমক। মরম অদুনা নখোই লিংখৎকনু লাম্বাশিং অল্লাহদা, নখোইনা খঙলবমক্তদা।

وَّ اَنْزَلَ مِنَ السَّمَآءِ مَآءً فَاَخْرَجَ بِهٖ مِنَ الثَّمَرٰتِ رِزْقًا لَّكُمْ ۚ فَلَا تَجْعَلُوْا لِلّٰهِ اَنْدَادًا وَّاَنْتُمْ تَعْلَمُوْنَ ﴿٢٢﴾

২৪। অদুগা নখোইনা করিগুম্বা চিংনরবদি ঐখোইনা থাবিখিবদু ঐখোইগী ইনাইদা, পুথোকচরকও মদুগা মান্নবা 'সূরহ' (তাংকক) অমতং অমসুং (মদু পুথোক্লবা) কৌশিনজৌ নখোইগী তেংবাংবশিং অল্লাহ নত্তবা, নাখোইনা (চিংনবদুনা) অচুম্বমক ওইরবদি।

وَاِنْ كُنْتُمْ فِيْ رَيْبٍ مِّمَّا نَزَّلْنَا عَلٰى عَبْدِنَا فَاْتُوْا بِسُوْرَةٍ مِّنْ مِّثْلِهٖ ۖ وَادْعُوْا شُهَدَآءَكُمْ مِّنْ دُوْنِ اللّٰهِ اِنْ كُنْتُمْ صٰدِقِيْنَ ﴿٢٣﴾

২৫। তৌইগুম্বসুং নখোইনা তৌদ্রবদি—অমসুং নখোইনা কদৌঙেদসু তৌবা ঙমলোই (মদু)—মরম অদুনা চেকশল্লু খাম্বি মৈবু, মদুগী শীংবি মৈহুমদি ওইগনি নুংশিংনা, (মদু) তৈয়ার তৌবিখ্রে লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগীদমক্তা।

فَاِنْ لَّمْ تَفْعَلُوْا وَلَنْ تَفْعَلُوْا فَاتَّقُوا النَّارَ الَّتِيْ وَقُوْدُهَا النَّاسُ وَالْحِجَارَةُ ۖ اُعِدَّتْ لِلْكٰفِرِيْنَ ﴿٢٤﴾

২৬। অদুগা থুংঙু হরাওবা পাও অচুম্বা থাজখ্রবা অমসুং অফবা থবকশিং তৌবা মীশিংদা, মদুদি মখোইগীদমক্তি স্বর্গ লৈকোনশিংনি ঃ মখা অদুদা তুরেলশিং ঈচেল্লি। মদুদগী উহৈ খরা মখোইদা পীবা মতম খুদিংদা, মখোইনা হায়গনি ঃ "মসিদি ঐখোইদা পীখ্রবনি মমাংঙেদা" অমসুং মখোইদা শকওং মান্নবতা পীবিগনি। অদুগা মনুং অদুদা মখোই ফংগনি লোয়নবা মপিজাশিং একদম অশেংবী, অমসুং মনুং অদুদা মখোই অদুম লৈরগনি।

وَبَشِّرِ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ اَنَّ لَهُمْ جَنّٰتٍ تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ ۗ كُلَّمَا رُزِقُوْا مِنْهَا مِنْ ثَمَرَةٍ رِّزْقًا ۙ قَالُوْا هٰذَا الَّذِيْ رُزِقْنَا مِنْ قَبْلُ ۙ وَاُتُوْا بِهٖ مُتَشَابِهًا ۗ وَلَهُمْ فِيْهَا اَزْوَاجٌ مُّطَهَّرَةٌ ۙ وَّهُمْ فِيْهَا خٰلِدُوْنَ ﴿٢٥﴾

২৭। থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহনা হঙোয়বিদে পান্দম উৎপদা ষণ-হয়িং নত্রগা হন্হবা পোত্তা। করিনা হায়ববু অচুম্বা থাজবশিংনা খঙই মদু মখোইগী মপুগী মায়কৈদগী অচুম্বনি হায়বা, তৌইগুম্বসুং লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা হায় ঃ "অল্লাহনা করি অর্থ ফোংদোকলিবা অসিগুম্বা মান্নবা উৎপা

اِنَّ اللّٰهَ لَا يَسْتَحْيٖۤ اَنْ يَّضْرِبَ مَثَلًا مَّا بَعُوْضَةً فَمَا فَوْقَهَا ۚ فَاَمَّا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا فَيَعْلَمُوْنَ اَنَّهُ الْحَقُّ مِنْ رَّبِّهِمْ ۚ وَاَمَّا الَّذِيْنَ كَفَرُوْا فَيَقُوْلُوْنَ مَاذَآ اَرَادَ اللّٰهُ

يَّهٰذَا مَثَلًاۘ يُضِلُّ بِهٖ كَثِيْرًا وَّيَهْدِيْ بِهٖ كَثِيْرًاؕ وَمَا يُضِلُّ بِهٖۤ اِلَّا الْفٰسِقِيْنَۙ ۝٢٦

ৱাঙাঙনা ?" কয়াবু মহাকনা ৱায়েলবি মদুনা অরানবনি হায়না অমসুং কয়াবু মদুনা মহাকনা লমজিংবি, অমসুং কনামতবু মহাকনা ৱায়েলবিদে মদুনা অরানবনি হায়না লমহেনবশিংবু নত্তনা।।

الَّذِيْنَ يَنْقُضُوْنَ عَهْدَ اللّٰهِ مِنْۢ بَعْدِ مِيْثَاقِهٖ ۖ وَيَقْطَعُوْنَ مَاۤ اَمَرَ اللّٰهُ بِهٖۤ اَنْ يُّوْصَلَ وَيُفْسِدُوْنَ فِى الْاَرْضِؕ اُولٰٓئِكَ هُمُ الْخٰسِرُوْنَ ۝٢٧

২৮। মখোইনা থুগায় অল্লাহগী ৱাশক চেৎহনখ্রবা মতুংদা মদু, অমসুং তোখায়-খায়দোকই অল্লাহনা পুল্লপ তিন্নৌ হায়না হুকুম তৌখিবদু, অমসুং চায়থোকই ফত্তবা পৃথিবীদা। মখোইসি মাঙজরবা ঙাকনি।

كَيْفَ تَكْفُرُوْنَ بِاللّٰهِ وَكُنْتُمْ اَمْوَاتًا فَاَحْيَاكُمْۚ ثُمَّ يُمِيْتُكُمْ ثُمَّ يُحْيِيْكُمْ ثُمَّ اِلَيْهِ تُرْجَعُوْنَ ۝٢٨

২৯। করম্না নখোইনা থাজদরিবা অল্লাহবু? নখোই নথৱাই য়াওদবা ওইরম্বদগী, মহাকনা পীখি নখোইবু থৱাই, অমসুং অদুগী তুংদা মহাকনা শিহনবিগনি নখোইবু, অদুগী তুংদা হিংগৎ-হনবিগনি নখোইবু, অমসুং অদুগী তুংদা মঙোন্দা নখোইবু হনজনহনবিগনি।

هُوَ الَّذِيْ خَلَقَ لَكُمْ مَّا فِى الْاَرْضِ جَمِيْعًاۗ ثُمَّ اسْتَوٰۤى اِلَى السَّمَآءِ فَسَوّٰىهُنَّ سَبْعَ سَمٰوٰتٍؕ وَهُوَ بِكُلِّ شَىْءٍ عَلِيْمٌ ۝٢٩

৩০। মহাকননি শেমখিবা নখোইগীদমক্তা পৃথিবীদা লৈরিবা পুম্নমক : অদুগী তুংদা মহাকনা পান্দমখি আসমান শেম্নবা, অমসুং মহাকনা শেমখি আসমান তরেৎ : অমসুং মহাক্তি ইখঙ-খঙবনি পোৎ পুম্নমক।

৪ শুবা রুকূ

وَاِذْ قَالَ رَبُّكَ لِلْمَلٰٓئِكَةِ اِنِّىْ جَاعِلٌ فِى الْاَرْضِ خَلِيْفَةًؕ قَالُوْۤا اَتَجْعَلُ فِيْهَا مَنْ يُّفْسِدُ فِيْهَا وَيَسْفِكُ الدِّمَآءَۚ وَنَحْنُ نُسَبِّحُ بِحَمْدِكَ وَنُقَدِّسُ لَكَؕ قَالَ اِنِّىْۤ اَعْلَمُ مَا لَا تَعْلَمُوْنَ ۝٣٠

৩১। অদুগা (নীংশিঙঙু মতমদু) নংগী মপুনা তাকপিখি ফরিশতহ (স্বর্গ দুত) শিংদা ঃ "ঐনা থম্বিগদৌরি খলিফহ অমা পৃথিবীদা." অদুদা মখোইনা হঙ্গৎচখি ঃ "নহাকনা থম্বিগদৌরিব্রা মদুগী মনুংদা অসিগুম্বা ৱাথোক-ৱায়াম্নগদবা অমসুং ঈমু নাইমু তানগদবা অমা মফমদুদা ?— অমসুং ঐখোইনা তরাম্না থাগৎচৈ নহাক্কী নতিক নঙাল অমসুং শক শোনজৈ নহাক্কী অশেংবা।" মহাকনা পাওখুম্বিখি ঃ "ঐনা খঙই নখোইনা খঙদবদু।"

وَعَلَّمَ اٰدَمَ الْاَسْمَآءَ كُلَّهَا ثُمَّ عَرَضَهُمْ عَلَى الْمَلٰٓئِكَةِ

৩২। অদুগা মহাকনা তম্বিখি আদমবু পুম্নমক্কী মমিংশিং, অদুগী তুংদা মহাকনা পুথোকপিখি

فَقَالَ اَنْۢبِـُٔوْنِیْ بِاَسْمَآءِ هٰۤؤُلَآءِ اِنْ كُنْتُمْ صٰدِقِیْنَ ۝٣١

মমাংদা , ফরিশতহশিংগী অমসুং হায়বিখিঃ "তাকও ঐঙোন্দা মমিংশিং পুম্নমকসিগী, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা।"

قَالُوْا سُبْحٰنَكَ لَا عِلْمَ لَنَاۤ اِلَّا مَا عَلَّمْتَنَا ؕ اِنَّكَ اَنْتَ الْعَلِیْمُ الْحَكِیْمُ ۝٣٢

৩৩। মখোইনা হঙ্গৎচখিঃ "নহাক্তি অশেংবনি! ঐখোই করিসু খঙজদে নহাকনা ঐখোইবু তম্বিখিবদু নত্তনা। তশেংবমক নহাক্তি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।"

قَالَ یٰۤاٰدَمُ اَنْۢبِئْهُمْ بِاَسْمَآىِٕهِمْ ۚ فَلَمَّاۤ اَنْۢبَاَهُمْ بِاَسْمَآىِٕهِمْ ۙ قَالَ اَلَمْ اَقُلْ لَّكُمْ اِنِّیْۤ اَعْلَمُ غَیْبَ السَّمٰوٰتِ وَ الْاَرْضِ ۙ وَ اَعْلَمُ مَا تُبْدُوْنَ وَ مَا كُنْتُمْ تَكْتُمُوْنَ ۝٣٣

৩৪। (অদুদা) মহাকনা হায়বিখিঃ "হে আদম! নং তাকও মখোইদা মখোইগী মমিংশিং," অমসুং মহাকনা তাকলবদা মখোইদা মখোইগী মমিংশিং, মহাকনা হায়বিখিঃ "ঐনা হায়খিদব্রা নখোইদা, ঐনা খঙই আসমান অমসুং পৃথিবীগী অরোন-অথুপশিং অমসুং ঐনা খঙই নখোইনা ফোংদোকপসু অমসুং নখোইনা লোৎশিনবসু।"

وَ اِذْ قُلْنَا لِلْمَلٰٓىِٕكَةِ اسْجُدُوْا لِاٰدَمَ فَسَجَدُوْۤا اِلَّاۤ اِبْلِیْسَ ؕ اَبٰى وَ اسْتَكْبَرَ ٭ۗ وَ كَانَ مِنَ الْكٰفِرِیْنَ ۝٣٤

৩৫। অদুগা (নীংশিঙঙু মতমদু) ঐখোইনা তাকপিখি ফরিশতহশিংদাঃ "নখোই চঙজৌ আদমদা." অমসুং মখোই (পুম্নমক) চঙজখি ইবলিস নত্তনা মহাক (হুকুম) য়াখিদে অমসুং চাউথোকখি: অমসুং মহাক ওইরম্মী (অমা) লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী।

وَ قُلْنَا یٰۤاٰدَمُ اسْكُنْ اَنْتَ وَ زَوْجُكَ الْجَنَّةَ وَ كُلَا مِنْهَا رَغَدًا حَیْثُ شِئْتُمَا ۪ وَ لَا تَقْرَبَا هٰذِهِ الشَّجَرَةَ فَتَكُوْنَا مِنَ الظّٰلِمِیْنَ ۝٣٥

৩৬। অদুগা ঐখোইনা হায়বিখিঃ "হে আদম! নং অমসুং নংগী নুপীগা লৈযু লৈকোন্দা, অমসুং চাও মফম অদুদগী ননীং তম্মা নখোইনা অপাম্বতা, তৌইগুম্বসুং চঙলুগনু উপাম্বী অসিগী মনাক্তদি, নত্তবদি নখোই ওইরক্কনি অরানবা লম্বীনবশিং।

فَاَزَلَّهُمَا الشَّیْطٰنُ عَنْهَا فَاَخْرَجَهُمَا مِمَّا كَانَا فِیْهِ ۪ وَ قُلْنَا اهْبِطُوْا بَعْضُكُمْ لِبَعْضٍ عَدُوٌّ ۚ وَ لَكُمْ فِی الْاَرْضِ مُسْتَقَرٌّ وَّ مَتَاعٌ اِلٰى حِیْنٍ ۝٣٦

৩৭। তৌইগুম্বসুং শৈতান্না মখোইবু নানথোকহনবিখি মফম অদুদগী অমসুং তান্হোকহনবিখি মখোইবু (নুংঙাইবা ফম্বৈনননা) লৈরম্বদগী। অদুগা ঐখোইনা হায়বিখিঃ "নখোই চখোকখ্রো; নখোই খরদি য়েক্কবশিংনি অতৈ অতোপ্পগী, অমসুং পৃথিবীদা লৈরে নখোইগী লৈফম অমসুং নচিঞ্জাক মতম অমগী।"

৩৮। অদুগী তুংদা আদমনা ফংজখি মহাক্কী মপুদগী (প্রার্থনাগী) ৱাহৈ খরা। মরম অদুনা মহাকনা ওনশনবিখি মঙোন্দা ভাকপিবগা লোয়নননা। তশেংবমক মহাক্তি হন্না হন্না চানবি-হৈবনি, নুংশিহৈবনি।

فَتَلَقّٰىٓ اٰدَمُ مِنْ رَّبِّهٖ كَلِمٰتٍ فَتَابَ عَلَيْهِ ؕ اِنَّهٗ هُوَ التَّوَّابُ الرَّحِيْمُ ﴿۳۷﴾

৩৯। ঐখোইনা হায়বিখি ঃ "চখোকখ্রো নখোই পুম্নমক মফম অসিদগী; অমসুং নখোইদা লাকপদা লমজিং ঐগী মায়কৈদগী, মতমদুদা কনাগুম্বনা ইল্লবদি ঐগী লমজিং, মখোই করিসু কিনঙাই লৈতে নত্তগা ৱানঙাইসু থোক্তে।"

قُلْنَا اهْبِطُوْا مِنْهَا جَمِيْعًا ۚ فَاِمَّا يَاْتِيَنَّكُمْ مِّنِّىْ هُدًى فَمَنْ تَبِعَ هُدَاىَ فَلَا خَوْفٌ عَلَيْهِمْ وَلَا هُمْ يَحْزَنُوْنَ ﴿۳۸﴾

৪০। তৌইগুম্বসুং ঐখোইগী খুদমশিংবু থাজদবা অমসুং চুমদবা হায়জিনবশিংদু মখোইসে খাম্বি মৈগী মরূপশিংনি; মদুগী মনুংদা মখোই অদুম লৈরগনি।

وَالَّذِيْنَ كَفَرُوْا وَكَذَّبُوْا بِاٰيٰتِنَآ اُولٰٓئِكَ اَصْحٰبُ النَّارِ ۚ هُمْ فِيْهَا خٰلِدُوْنَ ﴿۳۹﴾ ع

৫ শুবা রুকূ

৪১। হে ইস্রাঈল মচাশিং! নীংশিঙু ঐগী থৌজাল ঐনা পীখিবদু নখোইদা, অমসুং পুরা তৌ নখোইগী ৱাশক তৌখিবদু ঐঙোন্দা, ঐসু পুরা তৌবিগনি ঐগী ৱাশক তৌখিবদু নখোইদা; অমসুং ঐতবু নখোইনা কিয়ু।

يٰبَنِىْٓ اِسْرَآءِيْلَ اذْكُرُوْا نِعْمَتِىَ الَّتِىْٓ اَنْعَمْتُ عَلَيْكُمْ وَاَوْفُوْا بِعَهْدِىْٓ اُوْفِ بِعَهْدِكُمْ ۚ وَاِيَّاىَ فَارْهَبُوْنِ ﴿۴۰﴾

৪২। অদুগা নখোই থাজৌ ঐনা থাবিখিবদু মদুনা অচুম্বনি হায়না প্রমাণ পী নখোইগী (হান্না) লৈজরিবদু, অমসুং (নখোইমক্তা) ইহান-হান্না ওইগনু য়াদবা মদুবু, অমসুং য়োহৌক্কনু ঐগী পাওজেনশিং মমল খজিক্তং লৌদুনা, অমসুং লূনা তৌ ঐহাক্তবু।

وَاٰمِنُوْا بِمَآ اَنْزَلْتُ مُصَدِّقًا لِّمَا مَعَكُمْ وَلَا تَكُوْنُوْٓا اَوَّلَ كَافِرٍۢ بِهٖ ۪ وَلَا تَشْتَرُوْا بِاٰيٰتِىْ ثَمَنًا قَلِيْلًا ۫ وَّاِيَّاىَ فَاتَّقُوْنِ ﴿۴۱﴾

৪৩। অদুগা চমম্নহনগনু অচুম্ববু অরানবগা য়ানশিন্নদুনা. নত্তগা লোৎশিনগনু অচুম্বা, নখোইনা খঙলবমক্তদা।

وَلَا تَلْبِسُوا الْحَقَّ بِالْبَاطِلِ وَتَكْتُمُوا الْحَقَّ وَاَنْتُمْ تَعْلَمُوْنَ ﴿۴۲﴾

৪৪। অদুগা নমাজ তৌ অমসুং জকাত (দান) পীয়ু অমসুং মকোক নোনবশিংগা লোয়নননা নকোক নোনমিনৌ।

وَاَقِيْمُوا الصَّلٰوةَ وَاٰتُوا الزَّكٰوةَ وَارْكَعُوْا مَعَ الرّٰكِعِيْنَ ﴿۴۳﴾

৪৫। নখোইনা য়াথংনব্রা মীশিংবু অফবা তৌ হায়না অমসুং নখোই নশানদি (অফবদু তৌবা) কাওথোকলব্রা, নখোইনা পারগা কিতাবদু? নখোইবু ভাব তাদ্রব্রা?

أَتَأْمُرُونَ النَّاسَ بِالْبِرِّ وَتَنْسَوْنَ أَنْفُسَكُمْ وَأَنْتُمْ تَتْلُونَ الْكِتٰبَ ۚ أَفَلَا تَعْقِلُونَ ﴿٤٥﴾

৪৬। অদুগা নীজৌ মতেং অথাংকনবা অমসুং নমাজগা লোয়নননা; তৌইগুম্বসুং মসি তশেংবমক রানঙাই ওইবনি নোম্লুকপশিং নত্তবগীদি,

وَاسْتَعِينُوا بِالصَّبْرِ وَالصَّلٰوةِ ۚ وَإِنَّهَا لَكَبِيرَةٌ إِلَّا عَلَى الْخٰشِعِينَ ﴿٤٦﴾

৪৭। মখোইনা খঙই (কায়থংদা) মখোই উনগনি মখোইগী মপু অমসুং মঙোন্দা মখোই হনজনগনি।

الَّذِينَ يَظُنُّونَ أَنَّهُمْ مُلٰقُوا رَبِّهِمْ وَأَنَّهُمْ إِلَيْهِ رٰجِعُونَ ﴿٤٧﴾

৬ শুবা রুকূ

৪৮। হে ইস্রাঈল মচাশিং! নীংশিঙঙু ঐগী থৌজাল ঐনা পীখিবদু নখোইদা অমসুং ঐনা মকোক থোংহনবিখি নখোইবু (নখোইগী মতমগী) জাতি পুম্নমক্কী।

يٰبَنِيٓ إِسْرٰٓءِيلَ اذْكُرُوا نِعْمَتِيَ الَّتِيٓ أَنْعَمْتُ عَلَيْكُمْ وَأَنِّي فَضَّلْتُكُمْ عَلَى الْعٰلَمِينَ ﴿٤٨﴾

৪৯। অদুগা কিয়ু কোরৌ নোংজা অদুবু মদুদা থৱাই অমতনা ওইবা য়ারোই মহুৎশীনবা অতোপ্পা থৱাই অমগী, নত্তগা ৱা তাইশিন্নবগী হায়জবিবসু য়াবিরোই মাগীদমক, নত্তগা থাদোক-মলসু লৌবিরোই মঙোন্দগী নত্তগা মখোইবু মতেং করিসু পীবিরোই।

وَاتَّقُوا يَوْمًا لَا تَجْزِي نَفْسٌ عَنْ نَفْسٍ شَيْـًٔا وَلَا يُقْبَلُ مِنْهَا شَفٰعَةٌ وَلَا يُؤْخَذُ مِنْهَا عَدْلٌ وَلَا هُمْ يُنْصَرُونَ ﴿٤٩﴾

৫০। অদুগা (নীংশিঙঙু মতমদু) ঐখোইনা কনবিখিবদা নখোইবু ফিরঔনগী মীশিংদগী মখোইনা নখোইবু য়াম্না তমথীনা ৱাহন-নংহনবিখিঃ হাৎপিখি নখোইগী নচা পিবাশিং অমসুং খাকপিখি নখোইগী মোমনু নুজাশিংবু; অমসুং মদু অচৌবা চাংয়েং অমনি নখোইগীদমক্তা নখোইগী মপুদগী।

وَإِذْ نَجَّيْنٰكُمْ مِنْ اٰلِ فِرْعَوْنَ يَسُومُونَكُمْ سُوٓءَ الْعَذَابِ يُذَبِّحُونَ أَبْنَآءَكُمْ وَيَسْتَحْيُونَ نِسَآءَكُمْ ۚ وَفِي ذٰلِكُمْ بَلَآءٌ مِنْ رَبِّكُمْ عَظِيمٌ ﴿٥٠﴾

৫১। অদুগা (নীংশিঙঙু মতমদু) ঐখোইনা তংখায় খায়দোকপিখি সমুদ্র ঈপাক নখোইগী-দমক্তা অমসুং কনবিখি নখোইবু অমসুং ঈরাক-শিনহনবিখি ফিরঔনগী মীশিংবু, অদুগী মতমদা নখোই নমিৎ থিৎনা য়েংখি।

وَإِذْ فَرَقْنَا بِكُمُ الْبَحْرَ فَأَنْجَيْنٰكُمْ وَأَغْرَقْنَآ اٰلَ فِرْعَوْنَ وَأَنْتُمْ تَنْظُرُونَ ﴿٥١﴾

وَ اِذْ وٰعَدْنَا مُوْسٰۤى اَرْبَعِیْنَ لَیْلَةً ثُمَّ اتَّخَذْتُمُ الْعِجْلَ مِنْۢ بَعْدِهٖ وَ اَنْتُمْ ظٰلِمُوْنَ ۝٥١

৫২। অদুগা (নীংশিঙঙু মতমদু) ঐখোইনা রাশক তৌবিখিবদা মুসাদা অহিং নিফুগী, মতমদুদা নখোইনা লৌখি (খুৎনা শাবা) যণনাওবু (নখোইগী খোয়ম লাই ওইনা) মহাকনা লৈতরিঙৈদা অমসুং নখোই ওইখি অরানবা লম্বীনবশিং।

ثُمَّ عَفَوْنَا عَنْكُمْ مِّنْۢ بَعْدِ ذٰلِكَ لَعَلَّكُمْ تَشْكُرُوْنَ ۝٥٢

৫৩। অদুগী তুংদা ঐখোইনা ঙাকপিখি নখোইবু অদুনা নখোইনা উৎচনবা তৌবিমল খঙবা।

وَ اِذْ اٰتَیْنَا مُوْسَى الْكِتٰبَ وَ الْفُرْقَانَ لَعَلَّكُمْ تَهْتَدُوْنَ ۝٥٣

৫৪। অদুগা (নীংশিঙঙু মতমদু) ঐখোইনা পীখি মুসাদা কিতাব অমসুং 'ফুরকান' (অচুম-অরান চাং য়েংনবা খুদম) অদুনা নখোইবু চুম্না লমজিংনবা।

وَ اِذْ قَالَ مُوْسٰى لِقَوْمِهٖ یٰقَوْمِ اِنَّكُمْ ظَلَمْتُمْ اَنْفُسَكُمْ بِاتِّخَاذِكُمُ الْعِجْلَ فَتُوْبُوْۤا اِلٰى بَارِىٕكُمْ فَاقْتُلُوْۤا اَنْفُسَكُمْ ذٰلِكُمْ خَیْرٌ لَّكُمْ عِنْدَ بَارِىٕكُمْ فَتَابَ عَلَیْكُمْ اِنَّهٗ هُوَ التَّوَّابُ الرَّحِیْمُ ۝٥٤

৫৫। অদুগা (নীংশিঙঙু মতমদু) মুসানা হায়খি মহাক্কী মীশিংদা ঃ "হে ঐগী কাঙলুপ! নখোই নশামক্না অরানবা খোঙফম্নজখি যণনাওবু (খোয়ম লাইনি হায়না) লৌদুনা; মরম অদুনা ওনশল্লু নখোই নখোইগী লৈশেম-নুংশেমলকপদা অমসুং হাৎলু নপুকনিংগী অপাম্বা। মসিনা হেন্না ফবা ওইগনি নখোইগী লৈশেম-নুংশেম্বগী মনাক্তা। (মদু মখোইনা তৌজখিবদা) মহাকনা ওনশনবিখি নখোইদা। তশেংবমক মহাক্তি হন্না হন্না চানবিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَ اِذْ قُلْتُمْ یٰمُوْسٰى لَنْ نُّؤْمِنَ لَكَ حَتّٰى نَرَى اللّٰهَ جَهْرَةً فَاَخَذَتْكُمُ الصّٰعِقَةُ وَ اَنْتُمْ تَنْظُرُوْنَ ۝٥٥

৫৬। অদুগা (নীংশিঙঙু মতমদু) নখোইনা হায়খি ঃ "হে মুসা! ঐখোই ঈমান (ধর্ম্মদা থাজবা) শুপপু-পুরকলরোই নংঙোন্দা, ঐখোইনা তরং-তরং উদ্রিবা ফাওবা অল্লাহবু (নহাকনা রা ঙাঙনবা)"; অদুগী মতমদা বজ্রনা খংফা-ফাখি নখোইবু, নখোইনা অসুম য়েংলিঙৈদা।

ثُمَّ بَعَثْنٰكُمْ مِّنْۢ بَعْدِ مَوْتِكُمْ لَعَلَّكُمْ تَشْكُرُوْنَ ۝٥٦

৫৭। অদুগী তুংদা ঐখোইনা হিংগৎহনবিখি নখোইবু নখোইনা শিরুখ্রবা মতুংদা, অদুনা নখোইনা উৎচনবা তৌবিমল খঙবা।

وَ ظَلَّلْنَا عَلَیْكُمُ الْغَمَامَ وَ اَنْزَلْنَا عَلَیْكُمُ الْمَنَّ وَ

৫৮। অদুগা (নীংশিঙঙু মতমদু) ঐখোইনা মমশিনহনবিখি নোং মংহন্দুনা নখোইগী মথক্তা অমসুং থাবিখি নখোইদা 'মন্ন' অমসুং 'সলৱা'

(অসি হায়দুনাঃ) "চাও অফবা পোৎশিংতা ঐখোইনা পীখিবদু নখোইগীদমক্তা" অমসুং মখোইনা তৌখিদে অরানবা ঐখোইদা, তৌইগুম্বসুং মখোই মশা-মশামক্তা অরানবা তৌখিবনি মখোইনা।

السَّلْوٰى ۖ كُلُوْا مِنْ طَيِّبٰتِ مَا رَزَقْنٰكُمْ ۚ وَمَا ظَلَمُوْنَا وَلٰكِنْ كَانُوْٓا اَنْفُسَهُمْ يَظْلِمُوْنَ ﴿٥٧﴾

৫৯। অদুগা (নীংশিঙভু মতমদু) ঐখোইনা হায়খিঃ "চৎলু (মাংদা উরিবা) শহর অসিদা অমসুং চাও মফম অদুদগী নখোইনা অপাম্বতা ননীংতম্না অমসুং চঙভু গেট নোল্লুকপগা লোয়ননা অমসুং হায়য়ুঃ "(মপুও!) কোকপিয়ু ঐখোইগী ইপাপশিং।" ঐখোইনা ঙাকপিগনি নখোইগী অরানবশিং অমসুং ঐখোইনা হেনগৎহনবিগনি মহে (অতোপ্পা মীগী) ফনবা তৌবশিংদা।"

وَاِذْ قُلْنَا ادْخُلُوْا هٰذِهِ الْقَرْيَةَ فَكُلُوْا مِنْهَا حَيْثُ شِئْتُمْ رَغَدًا وَّادْخُلُوا الْبَابَ سُجَّدًا وَّقُوْلُوْا حِطَّةٌ نَّغْفِرْ لَكُمْ خَطٰيٰكُمْ ۚ وَسَنَزِيْدُ الْمُحْسِنِيْنَ ﴿٥٨﴾

৬০। অরানবা লম্বীনবশিংনা লান্না ওহোকখ্রে (মওং অমসুং অর্থ) মখোইদা হায়খিবদু তোপ-তোপ্পা অমগী ওইনা; মরম অদুনা ঐখোইনা থাবিখি লমহেন-লমথোইবশিংগী মথক্তা নোংথক্কী চৈরাক দগি, মরমদি মখোই ওইরম্মী লমহেনবশিং।

فَبَدَّلَ الَّذِيْنَ ظَلَمُوْا قَوْلًا غَيْرَ الَّذِيْ قِيْلَ لَهُمْ فَاَنْزَلْنَا عَلَى الَّذِيْنَ ظَلَمُوْا رِجْزًا مِّنَ السَّمَآءِ بِمَا كَانُوْا يَفْسُقُوْنَ ﴿٥٩﴾ ع

৭ শুবা রুকূ

৬১। অদুগা (নীংশিঙভু মতমদু) মুসানা পীয়ু হায়জখিবদা ঈশিং (থক্কবা) মহাক্কী মীশিংগীদমক, ঐখোইনা হায়বিখিঃ "ফু নুং মতুমদু নংগী পায়না-চৈশুনা।" (হুকুমগী মতুংইন্না ফুবদা) ঈফুৎ তরানিথোই রা-রা-রা চেংহোরকখি মদুদগী, অদুনা শীংলুপ খুদিংনা খঙখি মখোইগী ঈশিং থকফম। (অদুগী তুংদা মখোইদা হায়বিখিঃ) "চাও অমসুং থকও অল্লাহনা পীখিবদগী অমসুং ফত্তবা তৌগনু মালেমদা, কাং খোং চায়বা থোকহন্দুনা।"

وَاِذِ اسْتَسْقٰى مُوْسٰى لِقَوْمِهٖ فَقُلْنَا اضْرِبْ بِّعَصَاكَ الْحَجَرَ ۖ فَانْفَجَرَتْ مِنْهُ اثْنَتَا عَشْرَةَ عَيْنًا ۖ قَدْ عَلِمَ كُلُّ اُنَاسٍ مَّشْرَبَهُمْ ۖ كُلُوْا وَاشْرَبُوْا مِنْ رِّزْقِ اللّٰهِ وَلَا تَعْثَوْا فِى الْاَرْضِ مُفْسِدِيْنَ ﴿٦٠﴾

৬২। অদুগা (নীংশিঙভু মতমদু) নখোইনা হায়খিঃ "হে মুসা! ঐখোই (মতম কুইনা) চিঞ্জাক মখল অমতা চাদুনা খাঙবা ঙমলোই; মরম অদুনা

وَاِذْ قُلْتُمْ يٰمُوْسٰى لَنْ نَّصْبِرَ عَلٰى طَعَامٍ وَّاحِدٍ فَادْعُ لَنَا رَبَّكَ يُخْرِجْ لَنَا مِمَّا تُنْۢبِتُ الْاَرْضُ مِنْۢ بَقْلِهَا وَ

قِثَّآئِهَا وَفُوْمِهَا وَعَدَسِهَا وَبَصَلِهَا ۗ قَالَ اَتَسْتَبْدِلُوْنَ الَّذِىْ هُوَ اَدْنٰى بِالَّذِىْ هُوَ خَيْرٌ ۗ اِهْبِطُوْا مِصْرًا فَاِنَّ لَكُمْ مَّا سَاَلْتُمْ ۗ وَضُرِبَتْ عَلَيْهِمُ الذِّلَّةُ وَالْمَسْكَنَةُ ۗ وَبَآءُوْ بِغَضَبٍ مِّنَ اللّٰهِ ۗ ذٰلِكَ بِاَنَّهُمْ كَانُوْا يَكْفُرُوْنَ بِاٰيٰتِ اللّٰهِ وَيَقْتُلُوْنَ النَّبِيّٖنَ بِغَيْرِ الْحَقِّ ۗ ذٰلِكَ بِمَا عَصَوْا وَّكَانُوْا يَعْتَدُوْنَ ﴿٦١﴾

'দুআ' (প্রার্থনা) তৌবিয়ু নংগী মপুদা ঐখোইগী-দমক্তা মদুদি মহাকনা থোকহনবিয়ু ঐখোইগী-দমক (লম অসিদা) পৃথিবীদা হৌবা পোৎশিংগী মরক্তগী সাগ সবজি অমসুং থবী অমসুং গেহু অমসুং মসুর অমসুং তিলহৌনচিংবা''। অদুদা মহাকনা হায়খি ঃ ''করিগী নখোইনা পাম্বগে হন্‌হবা (চিঞ্জাক) হেন্না ফবগী মহুত্তা? (ফরে, নখোই) চৎলো শহর অমদা, নখোইনা ফংগনি পীয়ু হায়বমখে।'' অদুগা মখোইদা থোমজিল্লম্মী অচোপ্পা অমসুং অতোনবা অমসুং মখোই লাংথুনরম্মী অল্লাহগী অশাউবদা; মদুগী মরমদি মখোইনা য়াখিদবগীনি অল্লাহগী পাওজেনশিং অমসুং নবীশিংবু চুমদনা হাৎখিবগীনি। মদু মখোইগী হায়বা ইন্দবা অমসুং কা হেনবদগীনি।

৮ শুবা রুকূ

اِنَّ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَالَّذِيْنَ هَادُوْا وَالنَّصٰرٰى وَالصّٰبِـِٕيْنَ مَنْ اٰمَنَ بِاللّٰهِ وَالْيَوْمِ الْاٰخِرِ وَعَمِلَ صَالِحًا فَلَهُمْ اَجْرُهُمْ عِنْدَ رَبِّهِمْ ۚ وَلَا خَوْفٌ عَلَيْهِمْ وَلَا هُمْ يَحْزَنُوْنَ ﴿٦٢﴾

৬৩। থাঙ্গৈশেংবমক অচুম্বা থাজবশিং অমসুং য়হুদীশিং অমসুং খৃষ্টিয়ানশিং অমসুং সাবিয়ানশিং— (মখোইগী মরক্তা) কনাগুম্বনা থাজরবা অল্লাহবু অমসুং অরোয়বা নুমিৎপু অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনরবদি, মখোই ফংগনি মনা-মথিন মখোইগী মপুগী মনাক্তা, অমসুং মখোই করিসু কিনগাই লৈতে নত্তগা মখোই রানগাইসু থোক্তে।

وَاِذْ اَخَذْنَا مِيْثَاقَكُمْ وَرَفَعْنَا فَوْقَكُمُ الطُّوْرَ ۗ خُذُوْا مَآ اٰتَيْنٰكُمْ بِقُوَّةٍ وَّاذْكُرُوْا مَا فِيْهِ لَعَلَّكُمْ تَتَّقُوْنَ ﴿٦٣﴾

৬৪। অদুগা (নীংশিঙভু মতমদু) ঐখোইনা লৌখি য়াশক অমা নখোইদগী অমসুং য়াংখৎহন্দুনা লৈহনবিখি (সিনাই) চীং নখোইগী নথক্তা চেৎনা পায়য়ু ঐখোইনা পীখিবা (কিতাব) অদু নখোইদা অমসুং নীংশিঙভু মদুদা য়াওরিবা অদু, অদুনা নখোই ঙাকচনবা ফত্তবদগী।

ثُمَّ تَوَلَّيْتُمْ مِّنْ بَعْدِ ذٰلِكَ ۚ فَلَوْلَا فَضْلُ اللّٰهِ عَلَيْكُمْ وَرَحْمَتُهٗ لَكُنْتُمْ مِّنَ الْخٰسِرِيْنَ ﴿٦٤﴾

৬৫। অদুগী তুংদা নখোই নতুং হন্দোকলম্মী, তৌইগুম্বসুং অল্লাহগী থৌজালনা ঙাকপিরমদ্রবদি নখোইবু, নখোই চনখিরমগনি অমাঙবশিংগী মরক্তা।

৬৬। অদুগা তশেংবমক নখোইনা খঙই (পোল্লোই) নখোইগী মরক্তগী 'সববাথ' (চয়োনগী শীলহেনবা নুমিৎ) থুগায়খিবশিংগী; মরম অদুনা ঐখোইনা হায়বিখি মখোইদাঃ "নখোই ওইখরো য়োং (গুম লীচৎ শাজত্তা), তুক্কচনা য়েংনখ্রবা।"

ولقد علمتم الذين اعتدوا منكم في السبت فقلنا لهم كونوا قردة خسئين ٦٥

৬৭। মরমদুনা ঐখোইনা ওইহনবিখি মসি খুদম অমাঃ মদু উখিবশিংদা অমসুং মদুগী মতুংদা হৌরকখিবশিংদা, অমসুং ব্রারকপগী পারা অমা ধর্ম্ম কায়দবশিংদা।

فجعلنها نكالا لما بين يديها وما خلفها وموعظة للمتقين ٦٦

৬৮। অদুগা (নীংশিঙবু) মুসানা হায়খি মহাক্কী মীশিংদাঃ "অল্লাহনা হুকুম তৌরি নখোইবু ষণবী অমা 'জবহ' তৌ (লেল্লু)" অদুদা মখোইনা হায়খিঃ "নহাকনা ফাগি তৌবিব্রা ঐখোইবু?" মহাকনা হায়খিঃ "ঐনা চঙজরি অল্লাহদা ওইহনবিদনবা ঐবু অপঙজাও অমা।"

وإذ قال موسى لقومه إن الله يأمركم أن تذبحوا بقرة قالوا أتتخذنا هزوا قال أعوذ بالله أن أكون من الجهلين ٦٧

৬৯। মখোইনা হায়খিঃ "দুআ তৌবিয়ু ঐখোইগীদমক নংগী মপুদা অদুনা মহাকনা খঙহনবিনবা ঐখোইবু করম্বা (মখলগী) ষণবীনো।" মহাকনা পাওখুম্বিখিঃ "অল্লাহনা তাকপিরে, মদু হনুবী নত্তে, নহাসু নত্তে, য়ায়মরপ ওইবীনি (হাতমনি)। হৌজিক তৌরো নখোইদা হুকুম তৌখিবগী মতুংইন্না।"

قالوا ادع لنا ربك يبين لنا ما هي قال إنه يقول إنها بقرة لا فارض ولا بكر عوان بين ذلك فافعلوا ما تؤمرون ٦٨

৭০। মখোইনা হায়খিঃ "দুআ তৌবিখো ঐখোইগীদমক নংগী মপুদা, মহাকনা ঐখোইবু খঙহনবিনবা ষণবীদু করম্বা মচুনো?" মহাকনা পাওখুম্বিখিঃ "মহাকনা তাকপিরে, ষণবীদু কোনা লৈহাও মচুনি—মচু অয়াকপনি—নুংঙাইনবগী মশকনি অয়েংবশিং।"

قالوا ادع لنا ربك يبين لنا ما لونها قال إنه يقول إنها بقرة صفراء فاقع لونها تسر النظرين ٦٩

৭১। মখোইনা হায়খিঃ "দুআ তৌবিখো ঐখোইগীদমক নংগী মপুদা, মহাকনা খঙহন-বিনবা ঐখোইবু ষণবীদু করম্বা (মশক নাইব) নো, করিনা হায়ববু ঐখোইনা অসুম উবদা ষণবী

قالوا ادع لنا ربك يبين لنا ما هي إن البقر تشبه

عَلَيْنَا ۚ وَإِنَّآ إِن شَآءَ ٱللَّهُ لَمُهْتَدُونَ ۝٧٠

পুম্নমক ইমান-মান্নবগুম তৌই; অমসুং অল্লাহনা চানবিরবদি ঐখোইবু তশেংনমক তাকপিরক্কনি।"

قَالَ إِنَّهُۥ يَقُولُ إِنَّهَا بَقَرَةٌ لَّا ذَلُولٌ تُثِيرُ ٱلْأَرْضَ وَلَا تَسْقِى ٱلْحَرْثَ مُسَلَّمَةٌ لَّا شِيَةَ فِيهَا ۚ قَالُوا۟ ٱلْـَٔـٰنَ جِئْتَ بِٱلْحَقِّ ۚ فَذَبَحُوهَا وَمَا كَادُوا۟ يَفْعَلُونَ ۝٧١

৭২। মহাকনা পাওখুম্বিখি: "অল্লাহনা তাকপিরে, ষণবীদু পোৎপু লাক্তরি লৌ খোইনবা নত্তগা লৌ ঈশিং চাইনদ্রি, মশা ফবনি অমসুং শিদ্র লৈতবনি।" মখোইনা হায়খি: "হৌজিক নহাকনা তাকপিরে অচুম্বদু।" মরম অদুনা মখোইনা জবহ তৌখি ষণবীদু, মখোইনা (মদু) ইতৌ-তৌনীং লমদ্রবা ফাওবদা।

৯ শুবা রুকূ

وَإِذْ قَتَلْتُمْ نَفْسًا فَٱدَّٰرَْٰٔتُمْ فِيهَا ۖ وَٱللَّهُ مُخْرِجٌ مَّا كُنتُمْ تَكْتُمُونَ ۝٧٢

৭৩। অদুগা (নীংশিংঙু মতমদু) নখোইনা হাৎখি মী অমা অমসুং নখোই মশেল মান্নখিদে মদুগী মরমদা। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা তৌবিখি ফোংদোক্লবা নখোইনা লোৎশিনবদু।

فَقُلْنَا ٱضْرِبُوهُ بِبَعْضِهَا ۚ كَذَٰلِكَ يُحْىِ ٱللَّهُ ٱلْمَوْتَىٰ وَيُرِيكُمْ ءَايَـٰتِهِۦ لَعَلَّكُمْ تَعْقِلُونَ ۝٧٣

৭৪। মরম অদুনা ঐখোইনা হায়খি: "ফু (মীহাৎপা) মহাকপু (মরালগী) শরুক অমা ওইনা (হাৎখিবা মী) মহাক্কীদমক। অসুম্না অল্লাহনা হিংগৎহল্লি অশিববু অমসুং উহল্লি নখোইবু মহাক্কী খুদমশিং অদুনা নখোইনা খঙবা ঙমনবা।

ثُمَّ قَسَتْ قُلُوبُكُم مِّنۢ بَعْدِ ذَٰلِكَ فَهِىَ كَٱلْحِجَارَةِ أَوْ أَشَدُّ قَسْوَةً ۚ وَإِنَّ مِنَ ٱلْحِجَارَةِ لَمَا يَتَفَجَّرُ مِنْهُ ٱلْأَنْهَـٰرُ ۚ وَإِنَّ مِنْهَا لَمَا يَشَّقَّقُ فَيَخْرُجُ مِنْهُ ٱلْمَآءُ ۚ وَإِنَّ مِنْهَا لَمَا يَهْبِطُ مِنْ خَشْيَةِ ٱللَّهِ ۗ وَمَا ٱللَّهُ بِغَـٰفِلٍ عَمَّا تَعْمَلُونَ ۝٧٤

৭৫। অদুগী তুংদা নখোইগী থম্মোইশিং কনশিনখ্রে, নুংগুম ওইখ্রে, নুংদগী খরবু হেন্না কনশিনখ্রে। অদুগা নুং খরা লৈ মদুদগী ফাওদোকরই তুরেলশিং, অমসুং (নুং) খরনা পুমকায়-কায় মরম অদুনা মদুদগী লাইজা ঈশিং চেন্হোরকই, অমসুং অতোপ্পা নুং খরনা ওন্হে অল্লাহবু কিবনা। অদুগা অল্লাহনা পুকনিং চঙদবা নত্তে নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

أَفَتَطْمَعُونَ أَن يُؤْمِنُوا۟ لَكُمْ وَقَدْ كَانَ فَرِيقٌ مِّنْهُمْ يَسْمَعُونَ كَلَـٰمَ ٱللَّهِ ثُمَّ يُحَرِّفُونَهُۥ مِنۢ بَعْدِ مَا عَقَلُوهُ وَهُمْ يَعْلَمُونَ ۝٧٥

৭৬। নখোই আশা তৌব্রা মখোইনা থাজগনি নখোইবু মখোইগী মরক্তগী খরনা তারগা অল্লাহগী রাহে, অদুগী তুংদা শেরান্ননা হায় মখোইনা খঙলবদা মদু অমসুং মখোইনা খঙই (মদুগী তুং-তাবা মহৈ)।

৭৭। অদুগা মখোইনা উনবা মতমদা অচুম্বা থাজবা মীশিংগা, মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইসু অচুম্বা থাজরবনি" তৌইগুম্বসুং মখোইতা লন্নাই ওইনা উনবা মতমদা, মখোইনা হায়ঃ "করিগী নখোইনা খঙহনবগে মখোইদা অল্লাহনা ফোংদোকপিখিবদু নখোইদা, মখোইনা মদুগী মরমদা নখোইগা য়া ফংনগদৌবদা নখোইগী মপুগী মমাংদা ? নখোইবু ইখঙ-খঙদ্রব্রা ?

وَإِذَا لَقُوا الَّذِينَ آمَنُوا قَالُوا آمَنَّا وَإِذَا خَلَا بَعْضُهُمْ إِلَىٰ بَعْضٍ قَالُوا أَتُحَدِّثُونَهُم بِمَا فَتَحَ اللَّهُ عَلَيْكُمْ لِيُحَاجُّوكُم بِهِ عِندَ رَبِّكُمْ أَفَلَا تَعْقِلُونَ ﴿٧٦﴾

৭৮। মখোই খঙদব্রা অল্লাহনা খঙই মখোইনা লোৎশিনবসু অমসুং ফোংদোকপসু ?

أَوَلَا يَعْلَمُونَ أَنَّ اللَّهَ يَعْلَمُ مَا يُسِرُّونَ وَمَا يُعْلِنُونَ ﴿٧٧﴾

৭৯। অদুগা মখোইগী মরক্তা লাইরিক-ময়েক চত্তবা (মী) লৈ, মখোইনা খঙদে (তৌরাত) কিতাব তৌইগুম্বসুং মখোই মশাগী অরানবা য়াখলনি, অমসুং মখোই করিসু তৌদে ভাবনা শাবা নত্তনা।

وَمِنْهُمْ أُمِّيُّونَ لَا يَعْلَمُونَ الْكِتَابَ إِلَّا أَمَانِيَّ وَإِنْ هُمْ إِلَّا يَظُنُّونَ ﴿٧٨﴾

৮০। অরাবনিদা! মখুৎশিংনা (তৌরাত) কিতাব (লান্না) ইথোকপশিংদু! অদুগী তুংদা হায়ঃ "মসি অল্লাহদগীনি," অদুনা মখোইনা ফংবা য়ানবা মমল খজিক্তং মদুগী। কয়াদা অরাবগী মশক ওইরবা! মখোইগী মখুৎশিংনা (অরানবা) ইবগী, ইঃ কয়াদা য়াত্রবা মতৌনো! মখোইনা কমায় তৌবগী (মদুগী মতেংনা)।

فَوَيْلٌ لِّلَّذِينَ يَكْتُبُونَ الْكِتَابَ بِأَيْدِيهِمْ ثُمَّ يَقُولُونَ هَٰذَا مِنْ عِندِ اللَّهِ لِيَشْتَرُوا بِهِ ثَمَنًا قَلِيلًا فَوَيْلٌ لَّهُم مِّمَّا كَتَبَتْ أَيْدِيهِمْ وَوَيْلٌ لَّهُم مِّمَّا يَكْسِبُونَ ﴿٧٩﴾

৮১। অদুগা মখোইনা হায়ঃ "খাম্বি মৈনা শোকলোই ঐখোইবু নুমিৎ শিংবুম খরা নত্তনা।" হায়যু (মখোইদা)ঃ "নখোই লৌরব্রা য়াশক অমা অল্লাহদগী? অল্লাহনা কদৌনুংদসু থুগায়বিরোই মহাক্কী য়াশক। নত্রগা নখোইনা ঙাঙ-শকপ্রা অল্লাহগী মরমদা ইখঙ-খঙদবদা ?"

وَقَالُوا لَن تَمَسَّنَا النَّارُ إِلَّا أَيَّامًا مَّعْدُودَةً قُلْ أَتَّخَذْتُمْ عِندَ اللَّهِ عَهْدًا فَلَن يُخْلِفَ اللَّهُ عَهْدَهُ أَمْ تَقُولُونَ عَلَى اللَّهِ مَا لَا تَعْلَمُونَ ﴿٨٠﴾

৮২। হোই, কনাগুম্বনা ফত্তবা কমায়রবদি অমসুং মহাক্কী মপাপশিংনা কোয়শল্লি মহাকপু মায়কৈ খুদিংদগী, মখোইদু মরূপশিংনি খাম্বি মৈগী; মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগনি।

بَلَىٰ مَن كَسَبَ سَيِّئَةً وَأَحَاطَتْ بِهِ خَطِيئَتُهُ فَأُولَٰئِكَ أَصْحَابُ النَّارِ هُمْ فِيهَا خَالِدُونَ ﴿٨١﴾

৮৩। তৌইগুম্বসুং অচুম্বা থাজবশিং অমসুং

وَالَّذِينَ آمَنُوا وَعَمِلُوا الصَّالِحَاتِ أُولَٰئِكَ أَصْحَابُ الْجَنَّةِ

هُمْ فِيهَا خَٰلِدُونَ ﴿٨٢﴾ ع

অফবা থবকশিং তৌবা, মখোইদু মরূপশিংনি স্বর্গ লৈকোনগী ; মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগনি।

১০ শুবা রুকূ

وَإِذْ أَخَذْنَا مِيثَٰقَ بَنِىٓ إِسْرَٰٓءِيلَ لَا تَعْبُدُونَ إِلَّا ٱللَّهَ وَبِٱلْوَٰلِدَيْنِ إِحْسَانًا وَذِى ٱلْقُرْبَىٰ وَٱلْيَتَٰمَىٰ وَٱلْمَسَٰكِينِ وَقُولُوا۟ لِلنَّاسِ حُسْنًا وَأَقِيمُوا۟ ٱلصَّلَوٰةَ وَءَاتُوا۟ ٱلزَّكَوٰةَ ثُمَّ تَوَلَّيْتُمْ إِلَّا قَلِيلًا مِّنكُمْ وَأَنتُم مُّعْرِضُونَ ﴿٨٣﴾

৮৪। অদুগা (নীংশিঙডু মতমদু) ঐখোইনা লৌখি রাশক অমা ইস্রাঈল মচাশিংদগী (মদুদি) ঃ নখোই ভক্তি তৌগনু কনামতবু অল্লাহ নত্তনা ; অমসুং উৎলূ নুংশিহৈবা নপা নমাদা অমসুং মরী-মতাদা অমসুং পীতৎ-পাতৎপশিংদা অমসুং লৈত-লাইরবশিংদা, অমসুং ফজবা রা ঙাঙউ মীওইবশিংদা অমসুং নমাজ তেক্কনু অমসুং জকাত পীয়ু ; মসিগী মতুংদা নখোইনা নমায় ওন্হোকখি (তুক্কচদুনা) নখোই খরা নত্তনা অমসুং নখোই হন্হরকখি নীতি অমসুং থাজবদা।

وَإِذْ أَخَذْنَا مِيثَٰقَكُمْ لَا تَسْفِكُونَ دِمَآءَكُمْ وَلَا تُخْرِجُونَ أَنفُسَكُم مِّن دِيَٰرِكُمْ ثُمَّ أَقْرَرْتُمْ وَأَنتُمْ تَشْهَدُونَ ﴿٨٤﴾

৮৫। অদুগা (নীংশিঙডু মতমদু) ঐখোইনা লৌখি (অমুকহন্না) নখোইদগী রাশক অমসু (মদুদি) ঃ "নখোইগী (নচিন ননাওশিংগী) ঈ তাহনগনু নত্তগা তান্হোক্কনু নখোইগী মীশিংবু নখোইগী লৈফমদগী ;" মতমদুদা নখোইনা রাশকখি অমসুং নখোই নশানা সাক্ষীনি (মদুগী)।

ثُمَّ أَنتُمْ هَٰٓؤُلَآءِ تَقْتُلُونَ أَنفُسَكُمْ وَتُخْرِجُونَ فَرِيقًا مِّنكُم مِّن دِيَٰرِهِمْ تَظَٰهَرُونَ عَلَيْهِم بِٱلْإِثْمِ وَٱلْعُدْوَٰنِ وَإِن يَأْتُوكُمْ أُسَٰرَىٰ تُفَٰدُوهُمْ وَهُوَ مُحَرَّمٌ عَلَيْكُمْ إِخْرَاجُهُمْ أَفَتُؤْمِنُونَ بِبَعْضِ ٱلْكِتَٰبِ وَتَكْفُرُونَ بِبَعْضٍ فَمَا جَزَآءُ مَن يَفْعَلُ ذَٰلِكَ مِنكُمْ إِلَّا خِزْىٌ فِى ٱلْحَيَوٰةِ ٱلدُّنْيَا وَيَوْمَ ٱلْقِيَٰمَةِ يُرَدُّونَ إِلَىٰٓ أَشَدِّ ٱلْعَذَابِ وَمَا ٱللَّهُ بِغَٰفِلٍ عَمَّا

৮৬। মতম অদু ফাওবা নখোইননি হাৎখিবা নখোইগী মীশিংবু অমসুং তান্হোকখিবা নখোইগী মী কাঙলুপ অমবু মখোইগী ময়ুমশিংদগী, অমগা অমগা মীচং সঙ্গন তৌনদুনা মখোইগী মায়োক্তা আইন কায়না অমসুং লমকেৎ-লমহাইদুনা। অদুগা করিগুম্বা মখোইনা লাকলবদি নখোইদা বন্দী ওইনা, নখোইনা থাদোকমল পীদুনা থাদোকহনবিখি মখোইবু, থাঙ্গেশেংবদি মখোইবু তান্হোকখিবদু নখোই আইন কায়বনি। নখোইনা থাজব্রা অল্লাহগী কিতাবকী শরুক খরা অমসুং থাজদব্রা শরুক খরবুনা ? মরম অদুনা মহৈ করিসু ফংলোই নখোইগী মরক্তগী অসুম্না তৌবা মীশিংদু ঈকাইবা নত্তনা হন্দক্কী মপোক্তা ; অমসুং কিয়ামত (শিবদগী অমুক হিংগৎ-হনবা) নুমিত্তা

تَعْمَلُونَ ﴿٨٦﴾

মখোইবু হোইহজিনবিগনি য়াম্না শাথীবা ৱায়েল-চৈরাকদা। অদুগা অল্লাহনা পুকনিং চঙদবা নত্তে নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

أُولَٰئِكَ الَّذِينَ اشْتَرَوُا الْحَيَاةَ الدُّنْيَا بِالْآخِرَةِ ۖ فَلَا يُخَفَّفُ عَنْهُمُ الْعَذَابُ وَلَا هُمْ يُنْصَرُونَ ﴿٨٦﴾ ع

৮৭। মখোইসি লৈশিনজম্বনি তাইবঙ পুন্সি আখেরতকী (শিরবা মতুংগী পুন্সিগী) মহুত্তা: মরম অসিনা মখোইগী ৱায়েল-চৈরাক করিমতা য়াংহনবিরোই নত্তগা মখোইবু মতেং করিমতা পাংবিরোই।

## ১১শুবা রুকূ

وَلَقَدْ آتَيْنَا مُوسَى الْكِتَابَ وَقَفَّيْنَا مِنْ بَعْدِهِ بِالرُّسُلِ ۖ وَآتَيْنَا عِيسَى ابْنَ مَرْيَمَ الْبَيِّنَاتِ وَأَيَّدْنَاهُ بِرُوحِ الْقُدُسِ ۗ أَفَكُلَّمَا جَاءَكُمْ رَسُولٌ بِمَا لَا تَهْوَىٰ أَنْفُسُكُمُ اسْتَكْبَرْتُمْ فَفَرِيقًا كَذَّبْتُمْ وَفَرِيقًا تَقْتُلُونَ ﴿٨٧﴾

৮৮। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা পীখি (তৌরাত) কিতাব মুসাদা অমসুং মহাক্কী মতুংদা রসুল (ধর্ম্ম শন্দোকপা মী) কয়া তুং ইনহনবিখি মহাক্কী খোঙ্গুলদা; অমসুং মরয়মগী মচানিপা ঈসাদা ঐখোইনা পীখি তশেং-তশেংবা খুদমশিং অমসুং মপাঙ্গল হেনগৎহনবিখি মহাকপু থৱাই অশেংবা লোয়নহনবিদুনা। নখোইগী থৱাইনা পামদবা (স্বর্গগী পাওজেন) পুরদুনা নখোইদা রসুল লাকখিবা মতম খুদিংদা নখোইনা মচোংপাক নাইদবা শাজৎ চৎখিদৱা অমসুং খরবুনা নখোইনা তৌবিখিদৱা মীনম্বশিংনি হায়জিন্দুনা অমসুং অতোপ্পবুনা নখোইনা হাৎখিদৱা?

وَقَالُوا قُلُوبُنَا غُلْفٌ ۚ بَلْ لَعَنَهُمُ اللَّهُ بِكُفْرِهِمْ فَقَلِيلًا مَا يُؤْمِنُونَ ﴿٨٨﴾

৮৯। অদুগা মখোইনা হায়খি: "ঐখোইগী থম্মোইশিং থমফমনি (অল্লাহগী ৱাহৈশিংগী)।" মদু নত্তে, অল্লাহনা সিরাপ তৌবিখ্রে মখোইবু মখোইনা অচুম্বা থাজদবগীদমক। মখোই থাজবা য়াম্না ৱাৎলি।

وَلَمَّا جَاءَهُمْ كِتَابٌ مِنْ عِنْدِ اللَّهِ مُصَدِّقٌ لِمَا مَعَهُمْ وَكَانُوا مِنْ قَبْلُ يَسْتَفْتِحُونَ عَلَى الَّذِينَ كَفَرُوا فَلَمَّا جَاءَهُمْ مَا عَرَفُوا كَفَرُوا بِهِ ۚ فَلَعْنَةُ اللَّهِ عَلَى

৯০। অদুগা মখোইদা কিতাব অমা লাকখিবদা অল্লাহদগী মদুনা অচুম্বনি হায়না তাকলবসু মখোইগী (হান্না) লৈরম্বা অদুবু অমসুং মমাংঙৈদা মখোইনা নীজখ্রবসু জয় ওইবা ধর্ম্ম চত্তবশিংগী মথক্তা—হৌজিকসু মখোইদা লাকখিবদা মখোইনা মুম্না খঙলবদু, মখোইনা থাজখিদে মদু।

الْكٰفِرِيْنَ ۝٩٠

মরম অদুনা অল্লাহগী সিরাপ ফংলসনু অচুম্বা থাজদবশিংদো।

بِئْسَمَا اشْتَرَوْا بِهٖٓ اَنْفُسَهُمْ اَنْ يَّكْفُرُوْا بِمَآ اَنْزَلَ اللّٰهُ بَغْيًا اَنْ يُّنَزِّلَ اللّٰهُ مِنْ فَضْلِهٖ عَلٰى مَنْ يَّشَآءُ مِنْ عِبَادِهٖ ۚ فَبَآءُوْ بِغَضَبٍ عَلٰى غَضَبٍ ۚ وَلِلْكٰفِرِيْنَ عَذَابٌ مُّهِيْنٌ ۝٩١

৯১। ফত্তবনি (মমলদু) মদুগী দমক মখোইনা য়োংথোকপগী মখোইগী মথৱাইশিংবু, মখোইনা য়াদে অল্লাহনা ফোংদোকপিখিবদা, কল্লক-য়েংথীদুনা মদুদি অল্লাহনা থাবি মহাক্কী থৌজাল মহাকনা চানবিবা মনাইদা ; মরম অদুনা মখোইনা লৌশিল্লি (অল্লাহগী) অশাউবগী মথক্তা অশাউবা। অদুগা অচুম্বা থাজদবশিংদি ফংগনি রায়েল-চৈরাক চোপহনবগী।

وَاِذَا قِيْلَ لَهُمْ اٰمِنُوْا بِمَآ اَنْزَلَ اللّٰهُ قَالُوْا نُؤْمِنُ بِمَآ اُنْزِلَ عَلَيْنَا وَيَكْفُرُوْنَ بِمَا وَرَآءَهٗ ۚ وَهُوَ الْحَقُّ مُصَدِّقًا لِّمَا مَعَهُمْ ۗ قُلْ فَلِمَ تَقْتُلُوْنَ اَنْۢبِيَآءَ اللّٰهِ مِنْ قَبْلُ اِنْ كُنْتُمْ مُّؤْمِنِيْنَ ۝٩٢

৯২। অদুগা মখোইদা অসি হায়বদা ঃ ''নখোই থাজৌ অল্লাহনা থাবিরকখিবদা,'' মখোইনা হায় ঃ ''ঐখোইনা থাজে ঐখোইদা থাবিরকখিবা অদুতা,'' অমসুং মখোইনা থাজদে মদুগী মতুংদা থারকখিবা অমতা, মদুনা অচুম্বনি হায়না প্রমাণ পী মখোইগী লৈজরিবা অদুবু। হায়যু (মখোইদা,) ঃ ''অদু ওইরবদি, করি মরমগী নখোইনা হাৎখিবগে অল্লাহগী নবী (ইস্রাঈল মচা) শিংবু অসিগী মমাংদা, নখোইনা ওইরমলবদি অচুম্বা থাজবা ?''

وَلَقَدْ جَآءَكُمْ مُّوْسٰى بِالْبَيِّنٰتِ ثُمَّ اتَّخَذْتُمُ الْعِجْلَ مِنْۢ بَعْدِهٖ وَاَنْتُمْ ظٰلِمُوْنَ ۝٩٣

৯৩। অদুগা (য়েংউ) মুসানা লাকখি নখোইদা লোয়নননা তশেং-তশেংবা খুদমশিংগা, অদুগী তুংদা নখোইনা লৌখি (খুৎনা শাবা) ষণনাওবু (নখোইগী ঈরাৎনবগী) মহাকনা লৈতরিঙৈদা, অমসুং নখোই ওইখি অরানবা লম্বীনবশিং।

وَاِذْ اَخَذْنَا مِيْثَاقَكُمْ وَرَفَعْنَا فَوْقَكُمُ الطُّوْرَ ۗ خُذُوْا مَآ اٰتَيْنٰكُمْ بِقُوَّةٍ وَّاسْمَعُوْا ۗ قَالُوْا سَمِعْنَا وَعَصَيْنَا ۗ وَاُشْرِبُوْا فِيْ قُلُوْبِهِمُ الْعِجْلَ بِكُفْرِهِمْ ۗ قُلْ بِئْسَمَا

৯৪। অদুগা (নীংশিঙঙু মতমদু) ঐখোইনা লৌখি রাশক অমা নখোইদগী অমসুং রাংখৎহন্দুনা লৈহনবিখি (সিনাই) চীং নখোইগী নথক্তা (অসি হায়দুনা ঃ) ''চেৎনা পায়যু ঐখোইনা পীখিবদু নখোইদা অমসুং মুন্না তাও।'' অদুদা মখোইনা হায়খি ঃ ''ঐখোইনা তারে অমসুং ঐখোইনা হায়বা ইন্দরে।'' অদুগা মখোইগী মথম্মোইশিংদা থকপগুম লৌশিনখি

يَأْمُرُكُم بِهِۦٓ إِيمَٰنُكُمْ إِن كُنتُم مُّؤْمِنِينَ ۝٩٣

যথনাও ঈরাৎনীংবগী অপাম্বদু মখোইনা (রাশক অদু) থাজখিদবগী মরম্না। হায়যু (মখোইদা): "ফত্তবনি নখোইগী ঈমান্না য়াথংনরিবদু নখোইবু নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা থাজবা।

قُلْ إِن كَانَتْ لَكُمُ ٱلدَّارُ ٱلْءَاخِرَةُ عِندَ ٱللَّهِ خَالِصَةً مِّن دُونِ ٱلنَّاسِ فَتَمَنَّوُا۟ ٱلْمَوْتَ إِن كُنتُمْ صَٰدِقِينَ ۝٩٤

৯৫। হায়যু: "আখেরতকী যুম অল্লাহগী মনাক্তা লৈবদু নখোইগীদমক্তা থোইদোকপা ওইরবদি অতে মী পুম্নমকী নত্তনা নখোই শিবা নীজৌ, নখোইনা অচুম্বা (শকপান্নবা) ওইরবদি।"

وَلَن يَتَمَنَّوْهُ أَبَدًۢا بِمَا قَدَّمَتْ أَيْدِيهِمْ ۗ وَٱللَّهُ عَلِيمٌۢ بِٱلظَّٰلِمِينَ ۝٩٥

৯৬। তৌইগুম্বসুং মখোইনা কদৌনুংদসু তৌনীংলোই মদু, মরমদি মখোইগী মখুৎশিংনা মমাংদা থাজখিবা (পাপকী থবকশিং) অদুগী-দমক; অমসুং অল্লাহনা (মশক) মুন্না খঙই ফত্তরম লম্বীনবশিংবু।

وَلَتَجِدَنَّهُمْ أَحْرَصَ ٱلنَّاسِ عَلَىٰ حَيَوٰةٍ وَمِنَ ٱلَّذِينَ أَشْرَكُوا۟ ۚ يَوَدُّ أَحَدُهُمْ لَوْ يُعَمَّرُ أَلْفَ سَنَةٍ وَمَا هُوَ بِمُزَحْزِحِهِۦ مِنَ ٱلْعَذَابِ أَن يُعَمَّرَ ۗ وَٱللَّهُ بَصِيرٌۢ بِمَا يَعْمَلُونَ ۝٩٦

৯৭। অদুগা নংনা তশেংবমক ফংগনি মখোইবু মী পুম্নমক্তগী হেন্না মিহৌগনবা (হৌজিক হৌজিক লৈরিবা) পুন্সিগী, য়াম্না হেন্না (অল্লাহগী) লাম্বা লিংখৎপশিংদগী। মখোই খুদিংমকনা পামই চহি লিশিং অমমম পুন্সিবা, তৌইগুম্বসুং পুন্সি শাংনা পীরবসু মহাকনা ওমলোই ডাকথোকপা মশাবু (মথক্তা তোল্লিবা) রায়েল-চৈরাক্তগী; অমসুং অল্লাহনা ইউ-উই মখোইনা তৌবা পুম্নমক।

১২ শুবা রুকূ

قُلْ مَن كَانَ عَدُوًّا لِّجِبْرِيلَ فَإِنَّهُۥ نَزَّلَهُۥ عَلَىٰ قَلْبِكَ بِإِذْنِ ٱللَّهِ مُصَدِّقًا لِّمَا بَيْنَ يَدَيْهِ وَهُدًى وَبُشْرَىٰ لِلْمُؤْمِنِينَ ۝٩٧

৯৮। হায়যু কনাগুম্বনা ওইরবদি য়েক্লবা জিব্রীলদা (অল্লাহসু য়েক্লবনি মহাক্কী)—মরমদি মহাকননি পুথরকখিবা (কুরআন) অসিবু নংগী থম্মোইনুংদা অল্লাহগী হুকুম মতুংইন্না; মসিনা অচুম্বনি হায়না প্রমাণ পী মাগী মমাংদা লৈরম্ববু, অমসুং (মসি) লমজিংনি অমসুং হরাওবা পাওজেন্নি অচুম্বা থাজবশিংদা।

مَن كَانَ عَدُوًّا لِّلَّهِ وَمَلَٰٓئِكَتِهِۦ وَرُسُلِهِۦ وَجِبْرِيلَ

৯৯। কনাগুম্বনা য়েক্লরবা অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী

وَمِيكَٰلَ فَإِنَّ ٱللَّهَ عَدُوٌّ لِّلْكَٰفِرِينَ ﴿٩٨﴾

ফরিশতহশিংবু অমসুং মহাক্কী রসুলশিংবু অমসুং জিব্রীলবু অমসুং মিকাইলবু, তশেংবমক অল্লাহসু য়েক্লবনি অসিগুম্বা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদা।

وَلَقَدْ أَنزَلْنَآ إِلَيْكَ ءَايَٰتٍۭ بَيِّنَٰتٍ ۖ وَمَا يَكْفُرُ بِهَآ إِلَّا
ٱلْفَٰسِقُونَ ﴿٩٩﴾

১০০। অদুগা থাঙ্গৈশেংবমক ঐখোইনা থাবিখি নংঙোন্দা তশেং-তশেংবা পাওজেনশিং অমসুং কনামতনা থাজদবা তৌরোই মখোইবু লমকেৎ লমহাইবশিং নত্তনা।

أَوَكُلَّمَا عَٰهَدُوا۟ عَهْدًا نَّبَذَهُۥ فَرِيقٌ مِّنْهُم ۚ بَلْ
أَكْثَرُهُمْ لَا يُؤْمِنُونَ ﴿١٠٠﴾

১০১। করি! মখোইনা করিগুম্বা ৱাশক অমা (অল্লাহদা) তৌবা মতম খুদিংদা, মখোইগী মরক্তগী খুৎপু অমনা মদু (ৱামুৎ তাদরিঙৈদা) হেক্তমক হুন্দোক্তব্রা নাকলদা? নত্তে, মখোই অয়াম্বা থাজদবা ঙাকনি।

وَلَمَّا جَآءَهُمْ رَسُولٌ مِّنْ عِندِ ٱللَّهِ مُصَدِّقٌ لِّمَا
مَعَهُمْ نَبَذَ فَرِيقٌ مِّنَ ٱلَّذِينَ أُوتُوا۟ ٱلْكِتَٰبَ كِتَٰبَ
ٱللَّهِ وَرَآءَ ظُهُورِهِمْ كَأَنَّهُمْ لَا يَعْلَمُونَ ﴿١٠١﴾

১০২। অদুগা (হৌজিক) মখোইদা লাকখিবা মতমদা রসুল অমা অল্লাহগী মায়কৈদগী, অচুম্বনি হায়না প্রমাণ পীবগী মখোইগী হান্না লৈরিবা (কিতাব) অদুবু, খুৎপু অমনা কিতাব অদু পীখিবা মীশিংগী মরক্তগী শৎ হেক হুন্দোকখি অল্লাহগী কিতাব অদু মখোইগী মতুংরোমদা, মখোইনা ইখঙ-খঙদবগুম্না (মদু)।

وَٱتَّبَعُوا۟ مَا تَتْلُوا۟ ٱلشَّيَٰطِينُ عَلَىٰ مُلْكِ سُلَيْمَٰنَ ۖ وَ
مَا كَفَرَ سُلَيْمَٰنُ وَلَٰكِنَّ ٱلشَّيَٰطِينَ كَفَرُوا۟ يُعَلِّمُونَ
ٱلنَّاسَ ٱلسِّحْرَ وَمَآ أُنزِلَ عَلَى ٱلْمَلَكَيْنِ بِبَابِلَ
هَٰرُوتَ وَمَٰرُوتَ ۚ وَمَا يُعَلِّمَانِ مِنْ أَحَدٍ حَتَّىٰ
يَقُولَآ إِنَّمَا نَحْنُ فِتْنَةٌ فَلَا تَكْفُرْ ۖ فَيَتَعَلَّمُونَ مِنْهُمَا
مَا يُفَرِّقُونَ بِهِۦ بَيْنَ ٱلْمَرْءِ وَزَوْجِهِۦ ۚ وَمَا هُم بِضَآرِّينَ
بِهِۦ مِنْ أَحَدٍ إِلَّا بِإِذْنِ ٱللَّهِ ۚ وَيَتَعَلَّمُونَ مَا يَضُرُّهُمْ

১০৩। অমসুং মখোইনা অসুম তৌথখি থৌওংদু মীফত্তশিংনা তুং-ইনখিবদু সুলৈমান্না পাল্লিঙৈ মতমদা। অদুগা সুলৈমানদি ওইখিদে অচুম্বা থাজদবা, তৌইগুম্বসুং মীফত্তশিংদি ওইখি অচুম্বা থাজদবা, তম্বিখি মীশিংবু জাদু-মন্ত্র। অদুগা (জাদু-মন্ত্র) থাখিদে বাবেলদা লৈরম্বা স্বর্গদূত অনি, হারুত অমসুং মারুতদা। তৌইগুম্বসুং মখোই অনিনা তম্বিখিদে (জাদু-মন্ত্র) কনাগুম্বা অমতবু, মখোইনা অসি ফাওবা হায়খিঃ "ঐখোইসে চাং য়েংলিবা পোৎনি, মরম অদুনা (নখোই) তৌগনু থাজদবা (অল্লাহগী লমজিংদা)।" মরম অনিসিদগী মখোইনা তমখি (জাদু-মন্ত্র) মদুগা মখোইনা ঙমখি থোকহনবা কায়ন-শেৎনহনবা মতু-মন্নাগী মরক্তা। তৌইগুম্বসুং মখোইনা ঙমদে

مَا لَهٗ فِي الْاٰخِرَةِ مِنْ خَلَاقٍ ۚ وَلَبِئْسَ مَا شَرَوْا بِهٖٓ اَنْفُسَهُمْ ۚ لَوْ كَانُوْا يَعْلَمُوْنَ

মাঙ-তাকহনবা কনাগুম্বা অমবু, অল্লাহগী হুকুম নত্তনা। অদুগা মখোইনা তম্মি মখোই মশাবু মাঙহনগদৌবদু অমসুং মদুনা মখোইদা (করিসু) কান্নবগাই ওইদবদু। অদুগা মখোইনা তশেংবমক খঙই (জাদু-বিদ্যা) কারবার তৌবা মীনা ফংলোই অফবা শরুক করিমতা শিরবা মতুংগী পুন্সিদা; অমসুং তশেংবমক ফত্তবনি (মমলদু) মদুগীদমক মখোইনা (অকেমফাত্তা) য়োংথোকপগী মখোইগী মথরাইশিংবু, মখোইনা করিগুম্বা খঙলমলবদি (মদুগী পোল্লোই)।

وَلَوْ اَنَّهُمْ اٰمَنُوْا وَاتَّقَوْا لَمَثُوْبَةٌ مِّنْ عِنْدِ اللّٰهِ خَيْرٌ ۚ لَوْ كَانُوْا يَعْلَمُوْنَ

১০৪। তৌইগুম্বসুং মখোইনা (চপচানা) থাজরমলবা অমসুং অচুম্বা লম্বীনরমলবদি, মনা-মথিন অল্লাহদগী ফংলমগদৌবা অদুনা হেন্না ফরমগনি, মখোইনা করিগুম্বা খঙলমলবদি।

১৩ শুবা রুকূ

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا لَا تَقُوْلُوْا رَاعِنَا وَقُوْلُوا انْظُرْنَا وَاسْمَعُوْا ۗ وَلِلْكٰفِرِيْنَ عَذَابٌ اَلِيْمٌ

১০৫। হে অচুম্বা থাজবশিং! হায়গনু: 'রাইনা' (ঐখোইনা হায়বা তাও) তৌইগুম্বসুং হায়য়ু: 'উনজুরনা' (ঐখোইদা পুকনিং চঙবিয়ু) অমসুং তাও। অদুগা লমচৈ-খোঙফম্নবশিংদি ফংগনি অৱাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

مَا يَوَدُّ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا مِنْ اَهْلِ الْكِتٰبِ وَلَا الْمُشْرِكِيْنَ اَنْ يُّنَزَّلَ عَلَيْكُمْ مِّنْ خَيْرٍ مِّنْ رَّبِّكُمْ ۗ وَاللّٰهُ يَخْتَصُّ بِرَحْمَتِهٖ مَنْ يَّشَآءُ ۗ وَاللّٰهُ ذُو الْفَضْلِ الْعَظِيْمِ

১০৬। কিতাব ফংখ্রবশিংগী মরক্তগী অচুম্বা থাজদবশিংনা নত্তগা অল্লাহগী লাম্বা লিংখৎ-পশিংনা পামদে করিগুম্বা অফবা থাবিরকপা নখোইগী নথক্তা নখোইগী মপুদগী। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা খনবি মহাক্কী থৌজালনা মহাকনা অপাম্বতা; অমসুং অল্লাহদি থোইদোক হেন্দোক্না থৌজালবিহৈবনি।

مَا نَنْسَخْ مِنْ اٰيَةٍ اَوْ نُنْسِهَا نَاْتِ بِخَيْرٍ مِّنْهَآ اَوْ مِثْلِهَا ۗ اَلَمْ تَعْلَمْ اَنَّ اللّٰهَ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيْرٌ

১০৭। করিগুম্বা রাফোং নত্তগা পাওজেন ঐখোইনা ককথৎপিখিবা নত্তগা কাওহনখিবা (মদুগী মহুত্তা) ঐখোইনা হেক পুবিরকই মদুদগী হেন্না ফবা নত্তগা মদুগা মান্নবা অমা। নংবু খঙদব্রা তশেংবমক অল্লাহদি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

اَلَمْ تَعْلَمْ اَنَّ اللّٰهَ لَهٗ مُلْكُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۗ وَ

১০৮। নংবু খঙদব্রা আসমান অমসুং

مَا لَكُمْ مِّنْ دُوْنِ اللّٰهِ مِنْ وَّلِيٍّ وَّلَا نَصِيْرٍ ۞

পৃথিবীসি অল্লাহগী শাসন্নি? অদুগা অল্লাহ নত্তনা নখোইগী ঙাক-শেনবিনবা নত্তগা তেংবাংবিনবা কনাসু লৈতে।

اَمْ تُرِيْدُوْنَ اَنْ تَسْـَٔلُوْا رَسُوْلَكُمْ كَمَا سُىِٕلَ مُوْسٰى مِنْ قَبْلُ ۗ وَمَنْ يَّتَبَدَّلِ الْكُفْرَ بِالْاِيْمَانِ فَقَدْ ضَلَّ سَوَآءَ السَّبِيْلِ ۞

১০৮। নখোই হংনীংব্রা নখোইগী রসুলদা মুসাদা হংখিবগুম মমাংঙৈদা (মহাক্কী তুং ইনবশিংনা)? অদুগা কনাগুম্বনা লৌশিল্লবদি 'কুফর' (থাজদবা) ঈমানগী মহুত্তা, মহাক তশেংনমক ফৈরেংনখ্রবনি অচুম্বা লম্বীদগী।

وَدَّ كَثِيْرٌ مِّنْ اَهْلِ الْكِتٰبِ لَوْ يَرُدُّوْنَكُمْ مِّنْ بَعْدِ اِيْمَانِكُمْ كُفَّارًا ۚ حَسَدًا مِّنْ عِنْدِ اَنْفُسِهِمْ مِّنْ بَعْدِ مَا تَبَيَّنَ لَهُمُ الْحَقُّ ۚ فَاعْفُوْا وَاصْفَحُوْا حَتّٰى يَاْتِيَ اللّٰهُ بِاَمْرِهٖ ۗ اِنَّ اللّٰهَ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيْرٌ ۞

১১০। কিতাব ফংখিবা মীশিংগী মরক্তগী অয়াম্বনা পাম্মি নখোইবু অচুম্বা থাজদবা ওইহনবা নখোইনা অচুম্বা থাজখ্রবা মতুংদা, মখোইদা কল্লক-খম্নবগী ঈপোম ঈহৌরক্তুনা, অচুম্বদু তশেং-তশেংনা খঙলবা মতুংদা মখোইদা। তৌইগুম্বসুং ঙাকপিয়ু মখোইবু অমসুং নমায় ওথোকও মখোইদগী, অল্লাহনা লাকহন্দরিবা ফাওবা মহাক্কী হুকুম (মখোইগী মথক্তা)। তশেংবমক অল্লাহদি শক্তি লৈবনি তৌবা ঙম্বগী মহাকনা তৌনীংবা পুম্নমক।

وَاَقِيْمُوا الصَّلٰوةَ وَاٰتُوا الزَّكٰوةَ ۗ وَمَا تُقَدِّمُوْا لِاَنْفُسِكُمْ مِّنْ خَيْرٍ تَجِدُوْهُ عِنْدَ اللّٰهِ ۗ اِنَّ اللّٰهَ بِمَا تَعْمَلُوْنَ بَصِيْرٌ ۞

১১১। অদুগা নমাজ তৌ অমসুং জকাত পীয়ু অমসুং নখোইনা অফবা (থবকশিং) থাজখিবদু নখোইগী নমাংদা নখোইমক্কী (কান্নবগী), নখোইনা ফংগনি অল্লাহগী মনাক্তা। তশেংবমক অল্লাহনা ইউ-উই নখোইনা তৌবা পুম্নমক।

وَقَالُوْا لَنْ يَّدْخُلَ الْجَنَّةَ اِلَّا مَنْ كَانَ هُوْدًا اَوْ نَصٰرٰى ۗ تِلْكَ اَمَانِيُّهُمْ ۗ قُلْ هَاتُوْا بُرْهَانَكُمْ اِنْ كُنْتُمْ صٰدِقِيْنَ ۞

১১২। অদুগা মখোইনা হায়ঃ "য়হুদী নত্তগা খৃষ্টিয়ান নত্তবা কনামতা চঙলোই স্বর্গ লৈকোন্দা।" মসি মখোইগী কান্নদবা অপাম্বনি! হায়য়ুঃ "পুথোরকও নখোইগী দলিল, নখোইনা অচুম্বা মওইরবদি।"

بَلٰى ۚ مَنْ اَسْلَمَ وَجْهَهٗ لِلّٰهِ وَهُوَ مُحْسِنٌ فَلَهٗٓ اَجْرُهٗ عِنْدَ رَبِّهٖ ۖ وَلَا خَوْفٌ عَلَيْهِمْ وَلَا هُمْ يَحْزَنُوْنَ ۞

১১৩। নত্তে, কনাগুম্বনা মপুং ফানা চঙজরবা অল্লাহদা অমসুং অফবা খাল্লবদি (অতোপ্পদা), মহাক (শোয়দনমক) ফংজগনি মনা-মথিন মহাক্কী মপুগী মনাক্তা, অমসুং অসিগুম্বা মীওইশিং করিসু কিনঙাই লৈতে নত্তগা মখোই ৱানঙাইসু থোক্তে।

১৪ শুবা রুকূ

১১৪। অদুগা য়হূদীশিংনা হায়ঃ "খৃষ্টিয়ানশিং (অচুম্বা) করিসু চত্তে." অমসুং খৃষ্টিয়ানশিংনসু হায়ঃ "য়হূদীশিং (অচুম্বা) করিসু চত্তে." অদুবু মখোই অনিমক (তৌরাত) কিতাব পাবা ঙাকনি। মতৌ অসুম্না ঙাঙ-শকই (কিতাব) ইখঙ-খঙদবশিংনা, মখোইনা ঙাঙ-শকপগুম্না। মরম অদুনা অল্লাহনা রায়েল বিচার তৌবিগনি কিয়ামত নুমিত্তা মখোইনা য়ানদরিবা অদুগী মরমদা।

وَقَالَتِ الْيَهُودُ لَيْسَتِ النَّصٰرٰى عَلٰى شَيْءٍ وَّقَالَتِ النَّصٰرٰى لَيْسَتِ الْيَهُودُ عَلٰى شَيْءٍ وَّهُمْ يَتْلُونَ الْكِتٰبَ كَذٰلِكَ قَالَ الَّذِينَ لَا يَعْلَمُونَ مِثْلَ قَوْلِهِمْ فَاللّٰهُ يَحْكُمُ بَيْنَهُمْ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ فِيمَا كَانُوا فِيهِ يَخْتَلِفُونَ ﴿١١٣﴾

১১৫। অদুগা কনানো মহাক অদুদগী হেন্না চুমদবা মহাকনা থিংই (মীশিংবু) শক-শোন্নবা অল্লাহগী কোলোয় মমিং অল্লাহগী মসজিদশিংদা অমসুং হোৎনৈ মাঙহনগদবগী মখোইবু? অসিগুম্বা মীওইশিংচুমদে চঙবা মদুদা (অল্লাহবু) কিবা ইলৈ-লৈতনা। মখোইদু ঈকাইবা ফংগনি তাইবঙ অসিদা অমসুং মখোই ফংগনি তমথীবা রায়েল-চৈরাক শিরবা মতুংগী পুন্সিদসু।

وَمَنْ أَظْلَمُ مِمَّنْ مَّنَعَ مَسٰجِدَ اللّٰهِ أَنْ يُّذْكَرَ فِيهَا اسْمُهُ وَسَعٰى فِي خَرَابِهَا أُولٰٓئِكَ مَا كَانَ لَهُمْ أَنْ يَّدْخُلُوهَآ إِلَّا خَآئِفِينَ لَهُمْ فِي الدُّنْيَا خِزْيٌ وَّلَهُمْ فِي الْاٰخِرَةِ عَذَابٌ عَظِيمٌ ﴿١١٤﴾

১১৬। অদুগা অল্লাহদি মপুনি নোংপোক অমসুং নোংচুপ (দা লৈরিবা লৈবাকশিং) গী. মরম অদুনা নখোইনা ওন্নীংবা মায়কৈদা নমায় ওল্লবসু. অল্লাহগী চেংলৌ মমায় ইলৈ-লৈবগি থাঙ্গেশেংবমক অল্লাহদি পীন-হালেঙদবনি, পুংখঙ-খঙবনি।

وَلِلّٰهِ الْمَشْرِقُ وَالْمَغْرِبُ فَأَيْنَمَا تُوَلُّوا فَثَمَّ وَجْهُ اللّٰهِ إِنَّ اللّٰهَ وَاسِعٌ عَلِيمٌ ﴿١١٥﴾

১১৭। অদুগা মখোইনা হায়ঃ "অল্লাহনা লৌখ্রে মচানিপা অমা."—মহাক্তি অশেংবনি! নত্তে. আসমান অমসুং পৃথিবীদা লৈবা পুম্নমক মহাক্তগীনি। পুম্নমক ইনবনি মহাক্কী ময়াথং।

وَقَالُوا اتَّخَذَ اللّٰهُ وَلَدًا سُبْحٰنَهُ بَلْ لَّهُ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَالْأَرْضِ كُلٌّ لَّهُ قٰنِتُونَ ﴿١١٦﴾

১১৮। মহাক্তি লৈশেম-নুংশেম্বনি আসমান অমসুং পৃথিবীগী। মহাকনা করিগুম্বা থবক অমা য়াথংনীংলবদি. মহাকনা অসিতা হায়ঃ "ওইয়ু," অমসুং মদু হেক্তমক ওই।

بَدِيعُ السَّمٰوٰتِ وَالْأَرْضِ وَإِذَا قَضٰٓى أَمْرًا فَإِنَّمَا يَقُولُ لَهُ كُنْ فَيَكُونُ ﴿١١٧﴾

১১৯। অদুগা (আসমানী রাপাও থারকপগী

وَقَالَ الَّذِينَ لَا يَعْلَمُونَ لَوْلَا يُكَلِّمُنَا اللّٰهُ أَوْ تَأْتِينَآ

নিয়ম) খঙদবশিংনা হায়ঃ "করিগীনো অল্লাহনা ৱা ঙাঙদবা ঐখোইদা নত্তগা খুদম অমতা লাক্তবা ঐখোইদা?" মখোইগী মমাংদা লৈরম্বা (মীরোন) শিংনসু ঙাঙ-শকখি মখোইনা ঙাঙ-শকপগুম্না। মখোইগী মথম্মোইশিং ইমান-মান্নে। থাঙ্গৈশেংবমক ঐখোইনা ফোংদোকপিখ্রে তশেংলবা খুদমশিং চেৎনা থাজবা মীশিংদা।

آيَةٌ ۗ كَذٰلِكَ قَالَ الَّذِينَ مِنْ قَبْلِهِمْ مِّثْلَ قَوْلِهِمْ ۘ تَشَابَهَتْ قُلُوبُهُمْ ۗ قَدْ بَيَّنَّا الْاٰيٰتِ لِقَوْمٍ يُّوْقِنُوْنَ ﴿١١٨﴾

১২০। থাঙ্গৈশেংবমক ঐখোইনা থাখি নংবু অচুম্বগা লোয়ননা হরাওবা পাও পুবা অমা ওইনা অমসুং ৱারকপা অমা ওইনা, অমসুং নংঙোন্দা ৱা করিমতা হংবিরোই ড্রুং-ড্রুং চাকপা থাম্বি মৈকোমগী মরূপশিংগী মরমদা।

اِنَّآ اَرْسَلْنٰكَ بِالْحَقِّ بَشِيْرًا وَّنَذِيْرًا ۙ وَّلَا تُسْـَٔلُ عَنْ اَصْحٰبِ الْجَحِيْمِ ﴿١١٩﴾

১২১। তৌইগুম্বসুং য়হুদী নত্তগা খৃষ্টিয়ানশিংনা অপেনবা ইওই-ওইরোই নংঙোন্দা, নংনা চত্তরবদি মখোইগী ধর্ম্ম। হায়য়ুঃ "তশেংবমক অল্লাহগী লমজিংনা (শ্লাইদগী ফবা) লমজিংনি।" অদুগা নংনা করিগুম্বা তুং-ইল্লদি মখোইগী অপাম্বশিংগী নংঙোন্দা জ্ঞান লাকখ্রবা মতুংদা, নংগী লৈররোই অল্লাহদগী মরূপ নত্তগা তেংবাংবিবা কনামতা।

وَلَنْ تَرْضٰى عَنْكَ الْيَهُوْدُ وَلَا النَّصٰرٰى حَتّٰى تَتَّبِعَ مِلَّتَهُمْ ۗ قُلْ اِنَّ هُدَى اللّٰهِ هُوَ الْهُدٰى ۗ وَلَئِنِ اتَّبَعْتَ اَهْوَآءَهُمْ بَعْدَ الَّذِيْ جَآءَكَ مِنَ الْعِلْمِ ۙ مَا لَكَ مِنَ اللّٰهِ مِنْ وَّلِيٍّ وَّلَا نَصِيْرٍ ﴿١٢٠﴾

১২২। অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইদা ঐখোইনা (কুরআন) কিতাব পীখিবা অদুনা পাই মসি পাফম থোকপগী মতুংইন্না—মখোইনা (তশেংনমক) থাজে মসি। অদুগা কনাগুম্বনা থাজদরবদি মসিবু, মখোইসি অমাঙবা খোঙফম্নরবশিংনি।

اَلَّذِيْنَ اٰتَيْنٰهُمُ الْكِتٰبَ يَتْلُوْنَهٗ حَقَّ تِلَاوَتِهٖ ۗ اُولٰٓئِكَ يُؤْمِنُوْنَ بِهٖ ۗ وَمَنْ يَّكْفُرْ بِهٖ فَاُولٰٓئِكَ هُمُ الْخٰسِرُوْنَ ﴿١٢١﴾

১৫ শুবা রুকূ

১২৩। হে ইস্রাইল মচাশিং! নীংশিঙ্গু ঐগী থৌজাল ঐনা পীখিবদু নখোইদা, অমসুং ঐনা মকোক থোংহনবিখি নখোইবু জাতি পুম্নমক্কী।

يٰبَنِيْٓ اِسْرَآءِيْلَ اذْكُرُوْا نِعْمَتِيَ الَّتِيْٓ اَنْعَمْتُ عَلَيْكُمْ وَاَنِّيْ فَضَّلْتُكُمْ عَلَى الْعٰلَمِيْنَ ﴿١٢٢﴾

১২৪। অদুগা (নখোই) কিয়ু কোরৌ নোংজা অদুবু মদুদা থৱাই অমতনা ওইবা য়ারোই মহুৎ শীনবা অতোপ্পা থৱাই অমগী, নত্তগা থাদোকমলসু লৌবিরোই মঙোন্দগী, নত্তগা ৱা তাইশিন্নবগী

وَاتَّقُوْا يَوْمًا لَّا تَجْزِيْ نَفْسٌ عَنْ نَّفْسٍ شَيْـًٔا وَّلَا يُقْبَلُ مِنْهَا عَدْلٌ وَّلَا تَنْفَعُهَا شَفَاعَةٌ وَّلَا هُمْ

হায়জবিবনসু পীরোই কান্নবা মঙোন্দা, নত্তগা মখোইবু মতেং করিসু পীবিরোই।

يُنۡصَرُوۡنَ ﴿١٢٣﴾

১২৫। অদুগা (নীংশিঙঙু মতমদু) মহাক্কী মপুনা চাং য়েংখিবদা ইব্রাহীমবু য়াথং খরা পীদুনা মদু মহাকনা পাংথোকচখি। অদুদা মহাকনা হায়বিখি ঃ "ঐনা ওইহনবিগনি নংবু লুচিংবা মীশিংগী।" ইব্রাহীমনা হঙ্গৎচখি ঃ "অদুগা ঐগী ইচা-ইশুশিংগী মরক্তসু (লুচিংবা থম্বিগদ্রা)"? মহাকনা হায়বিখি ঃ "ঐগী রাশক্তি মনুং চলহন্দে তারানবা লম্বীনবশিংবু।"

وَاِذِ ابۡتَلٰٓى اِبۡرٰهٖمَ رَبُّهٗ بِكَلِمٰتٍ فَاَتَمَّهُنَّ ؕ قَالَ اِنِّىۡ جَاعِلُكَ لِلنَّاسِ اِمَامًا ؕ قَالَ وَمِنۡ ذُرِّيَّتِىۡ ؕ قَالَ لَا يَنَالُ عَهۡدِى الظّٰلِمِيۡنَ ﴿١٢٤﴾

১২৬। অদুগা (নীংশিঙঙু মতমদু) ঐখোইনা শেম্বিখি য়ুমজাওসি মীওইবা জাতিগী তোয়না চৎনবা মফম অমসুং খুদোংথীবা লৈতবা মফম ওইনা; অমসুং ওইয়ু ইব্রাহীমগী খুবমবু নখোইগী নমাজ তৌফম। অদুগা ঐখোইনা য়াথংনবিখি ইব্রাহীম অমসুং ইসমাঈলদা (অসি হায়না) ঃ "শেংদোকও ঐগী য়ুমজাওসি—মসিগী মনুংদা ফমদুনা লাইনীংবশিংগী অমসুং মকোক নোনবশিং (অমসুং) সজদহ (দণ্ডৱৎ) তৌবশিংগীদমক (নমাজ তৌবদা)।

وَاِذۡ جَعَلۡنَا الۡبَيۡتَ مَثَابَةً لِّلنَّاسِ وَاَمۡنًا ؕ وَاتَّخِذُوۡا مِنۡ مَّقَامِ اِبۡرٰهٖمَ مُصَلًّى ؕ وَعَهِدۡنَاۤ اِلٰٓى اِبۡرٰهٖمَ وَاِسۡمٰعِيۡلَ اَنۡ طَهِّرَا بَيۡتِىَ لِلطَّآئِفِيۡنَ وَالۡعٰكِفِيۡنَ وَالرُّكَّعِ السُّجُوۡدِ ﴿١٢٥﴾

১২৭। অদুগা (নীংশিঙঙু) ইব্রাহীমনা হঙ্গৎচখি ঃ "ঐগী মপুও! ওইহনবিয়ু শহর অসি অঙৈবগী লম অমা অমসুং পীনবিয়ু উহৈ-ৱাহৈগী (চিঞ্জাক) অসিদা লৈবা মীশিংগী মরক্তগী অল্লাহ অমসুং অরোয়বা নুমিত্তা থাজবশিংদা।" মহাকনা হায়বিখি ঃ "অদুগা অচুম্বা থাজদবদসু ঐনা পীবিগনি নুংঙাইবা মতম খরগী; অদুগী তুংদা ঐনা হোইজিনবিগনি মহাকপু খাম্বি মৈগী চৈরাক্তা; অমসুং মসি ফত্তবা লমথুংফমনি।

وَاِذۡ قَالَ اِبۡرٰهٖمُ رَبِّ اجۡعَلۡ هٰذَا بَلَدًا اٰمِنًا وَّارۡزُقۡ اَهۡلَهٗ مِنَ الثَّمَرٰتِ مَنۡ اٰمَنَ مِنۡهُمۡ بِاللّٰهِ وَالۡيَوۡمِ الۡاٰخِرِ ؕ قَالَ وَمَنۡ كَفَرَ فَاُمَتِّعُهٗ قَلِيۡلًا ثُمَّ اَضۡطَرُّهٗۤ اِلٰى عَذَابِ النَّارِ ؕ وَبِئۡسَ الۡمَصِيۡرُ ﴿١٢٦﴾

১২৮। অদুগা (নীংশিঙঙু মতমদু) ইব্রাহীম অমসুং ইসমাঈলনা হৌখি য়ুমফম থোনবা (অশেংবা) য়ুমজাও অসিগী (অসুম্না হায়জ-নীজদুনা ঃ) "ঐখোইগী মপুও! য়াবিও ঐখোইনা

وَاِذۡ يَرۡفَعُ اِبۡرٰهٖمُ الۡقَوَاعِدَ مِنَ الۡبَيۡتِ وَاِسۡمٰعِيۡلُ ؕ

رَبَّنَا تَقَبَّلْ مِنَّا ۖ إِنَّكَ أَنتَ السَّمِيعُ الْعَلِيمُ ﴿١٢٧﴾

তৌজরিবসি; নহাক্তি পোৎ পুম্নমক তাবনি পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

رَبَّنَا وَاجْعَلْنَا مُسْلِمَيْنِ لَكَ وَمِن ذُرِّيَّتِنَا أُمَّةً مُّسْلِمَةً لَّكَ وَأَرِنَا مَنَاسِكَنَا وَتُبْ عَلَيْنَا ۖ إِنَّكَ أَنتَ التَّوَّابُ الرَّحِيمُ ﴿١٢٨﴾

১২৯। "ঐখোইগী মপুও! ওইহনবিয়ু ঐখোই (ইপা ইচা) অনিবু মুসলিম অমসুং ওইহনবিয়ু ঐখোইগী ইচা-ইশুবুস্ মুসলিম জাতি অমা, অমসুং উহনবিয়ু ঐখোইবু ঐখোইগী লাইনীংবগী মতৌ অমসুং ওনশিনবিরকও ঐখোইদা (লোয়নবা ঙাকপিহৈবগা); তশেংবমক নহাক্তি হন্না হন্না চানবিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

رَبَّنَا وَابْعَثْ فِيهِمْ رَسُولًا مِّنْهُمْ يَتْلُو عَلَيْهِمْ آيَاتِكَ وَيُعَلِّمُهُمُ الْكِتَابَ وَالْحِكْمَةَ وَيُزَكِّيهِمْ ۚ إِنَّكَ أَنتَ الْعَزِيزُ الْحَكِيمُ ﴿١٢٩﴾

১৩০। "ঐখোইগী মপুও! থোকহনবিয়ু মখোইদা রসুল অমা মখোইগী মরক্তগী, মহাকনা থীথদুনা তাহন্নবা মখোইদা নহাক্কী পাওজেলশিং অমসুং তম্বিনবা মখোইবু কিতাব অমসুং মহৈ-মশিং অমসুং শেংদোকপিনবা মখোইবু তশেংবমক নহাক্তি' পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

১৬ শুবা রুকূ

وَمَن يَرْغَبُ عَن مِّلَّةِ إِبْرَاهِيمَ إِلَّا مَن سَفِهَ نَفْسَهُ ۚ وَلَقَدِ اصْطَفَيْنَاهُ فِي الدُّنْيَا ۖ وَإِنَّهُ فِي الْآخِرَةِ لَمِنَ الصَّالِحِينَ ﴿١٣٠﴾

১৩১। অদুগা কনানো মায় ওহোক্কদৌরিবা ইব্রাহীমগী ধর্ম্মদগী পাইমা ঈরৈচলশিং নত্তনা? তশেংবমক ঐখোইনা খনগৎপিখ্রে মহাকপু সংসার অসিদা (কোনশেং ওইনা) অমসুং অখেরতদসু মহাক শোয়দনমক তিনগনি অচুম্বা লম্বীনবশিংগী মরক্তা।

إِذْ قَالَ لَهُ رَبُّهُ أَسْلِمْ ۖ قَالَ أَسْلَمْتُ لِرَبِّ الْعَالَمِينَ ﴿١٣١﴾

১৩২। মহাক্কী মপুনা হায়বিখি মঙোন্দাঃ "চঙজৌ (ঐঙোন্দা)." অদুদা মহাকনা হঙ্গৎচখিঃ "ঐ চঙজরে জগৎ পুম্নমক্কী মপুদা।"

وَوَصَّىٰ بِهَا إِبْرَاهِيمُ بَنِيهِ وَيَعْقُوبُ يَا بَنِيَّ إِنَّ اللَّهَ اصْطَفَىٰ لَكُمُ الدِّينَ فَلَا تَمُوتُنَّ إِلَّا وَأَنتُم مُّسْلِمُونَ ﴿١٣٢﴾

১৩৩। অদুগা ইব্রাহীমনা (শিরমদাইদা) শীন্নখি মচাশিংদা অমসুং (মশু নিপা) য়াকুবনসু (অদুম্না তৌখিঃ) "ইচাশা! অল্লাহনা খনবিখ্রে নখোইগীদমক্তা (মালেম লৈশীরক্কী অচুম্বা) ধর্ম্ম (ইসলাম, ঐনা চৎলিবা) অসি; মরম অদুনা শিরক্কনু নখোই মুসলিম ওইদনা।"

أَمْ كُنتُمْ شُهَدَآءَ إِذْ حَضَرَ يَعْقُوبَ ٱلْمَوْتُ إِذْ قَالَ لِبَنِيهِ مَا تَعْبُدُونَ مِنۢ بَعْدِى ۖ قَالُوا۟ نَعْبُدُ إِلَـٰهَكَ وَإِلَـٰهَ ءَابَآئِكَ إِبْرَٰهِـۧمَ وَإِسْمَـٰعِيلَ وَإِسْحَـٰقَ إِلَـٰهًا وَٰحِدًا وَنَحْنُ لَهُۥ مُسْلِمُونَ ﴿١٣٣﴾

১৩৪। হাজির ওইখিব্রা নখোই য়াকুব শিবা মতমদা? মহাকনা হায়খি মচাশিংদা ঃ "নখোই করি ভক্তি তৌগনি ঐগী তুংদা?" মখোইনা পাওখুমখি ঃ "ঐখোইনা ভক্তি তৌজগনি ইপা ইবুঙোগী খুনাদু অমসুং নপা-নপুশিং ঃ ইব্রাহীম, ইসমাঈল অমসুং ইসহাক্কী খুদা অদুগী, মহাক একা মথন্তনি ; অমসুং মঙোন্দা চঙজদুনা ঐখোই ওইজে মুসলিম।"

تِلْكَ أُمَّةٌ قَدْ خَلَتْ ۖ لَهَا مَا كَسَبَتْ وَلَكُم مَّا كَسَبْتُمْ ۖ وَلَا تُسْـَٔلُونَ عَمَّا كَانُوا۟ يَعْمَلُونَ ﴿١٣٤﴾

১৩৫। মখোইগী মীরোন অসি (লোয়না) শিখ্রে ; মখোইনা কমায়খিবগী (মহে) মখোইনা ফংগনি অমসুং নখোইনা কমায়বগী (মহে) নখোইনা ফংগনি ; অমসুং নখোইদা করিসু হং-থিবিরোই মখোইনা তৌখিবগী মরমদা।

وَقَالُوا۟ كُونُوا۟ هُودًا أَوْ نَصَـٰرَىٰ تَهْتَدُوا۟ ۗ قُلْ بَلْ مِلَّةَ إِبْرَٰهِـۧمَ حَنِيفًا ۖ وَمَا كَانَ مِنَ ٱلْمُشْرِكِينَ ﴿١٣٥﴾

১৩৬। অদুগা মখোইনা হায় ঃ "নখোই য়হুদী নত্তগা খৃষ্টিয়ান ওইয়ু অদুনা নখোই ফংগনি অচুম্বা লমজিং।" হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "মদু নত্তে, নখোই চৎলু ধর্ম্ম ইব্রাহীম তুররিংবগী ; অমসুং (খঙঙু) মহাক ওইখিদে (অমা) লাইয়াম থাজবশিংগী।

قُولُوٓا۟ ءَامَنَّا بِٱللَّهِ وَمَآ أُنزِلَ إِلَيْنَا وَمَآ أُنزِلَ إِلَىٰٓ إِبْرَٰهِـۧمَ وَإِسْمَـٰعِيلَ وَإِسْحَـٰقَ وَيَعْقُوبَ وَٱلْأَسْبَاطِ وَمَآ أُوتِىَ مُوسَىٰ وَعِيسَىٰ وَمَآ أُوتِىَ ٱلنَّبِيُّونَ مِن رَّبِّهِمْ لَا نُفَرِّقُ بَيْنَ أَحَدٍ مِّنْهُمْ وَنَحْنُ لَهُۥ مُسْلِمُونَ ﴿١٣٦﴾

১৩৭। হায়য়ু নখোই ঃ "ঐখোইনা থাজে অল্লাহবু অমসুং ঐখোইদা ফোংদোক-পিরকখিবা অদুদা, অমসুং (অতোপ্পা রাপাওশিং) থাবিরকখিবা ইব্রাহীমদা অমসুং ইসমাঈলদা অমসুং ইসহাকদা অমসুং য়াকুবদা অমসুং মচা-মশুশিংদা অমসুং (অতৈ কিতাবশিং) পীখিবদু মুসা অমসুং ঈসাদা অমসুং অতৈ নবীশিংদা পীখিবা (লোয়নমক) মখোইগী মপুদগী। ঐখোইনা তৌদে খন্দোক-খায়দোকপা মখোইগী মরক্তা কনামতবু ; অমসুং (অল্লাহ) মহাকপু (থাজদুনা) ঐখোই ওইজে মুসলিমশিং।"

فَإِنْ ءَامَنُوا۟ بِمِثْلِ مَآ ءَامَنتُم بِهِۦ فَقَدِ ٱهْتَدَوا۟ ۖ وَّإِن تَوَلَّوْا۟ فَإِنَّمَا هُمْ فِى شِقَاقٍ ۖ فَسَيَكْفِيكَهُمُ ٱللَّهُ ۚ وَهُوَ

১৩৮। মরম অদুনা মখোইনা থাজরবদি নখোইনা থাজবগুম্না, মখোই তশেংবমক লমজিং ইল্লি ; তৌইগুম্বসুং মখোইনা মতুং ওনশল্লবদি, মখোই রাকায় হৌবনি। মওং মতাদুদা মখোই য়াওদনা

السَّمِيعُ الْعَلِيمُ ﴿١٣٧﴾

নখোইতা ওইরবসু অল্লাহগী ওকলে. করিনা হায়ববু মহাক্তি পোৎ পুম্নমক তাবনি পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

صِبْغَةَ اللَّهِ ۚ وَمَنْ أَحْسَنُ مِنَ اللَّهِ صِبْغَةً ۖ وَنَحْنُ لَهُ عَابِدُونَ ﴿١٣٨﴾

১৩৯। (ঐখোইনা লৌই) অল্লাহগী ধর্ম্ম অমসুং অল্লাহদগী কনানা হেন্না ধর্ম্ম তম্বিবা ঙমগনি, অমসুং ঐখোই (মতম-পুম্বদা) মহাকপু ভক্তি তৌবশিংনি।

قُلْ أَتُحَاجُّونَنَا فِي اللَّهِ وَهُوَ رَبُّنَا وَرَبُّكُمْ وَلَنَا أَعْمَالُنَا وَلَكُمْ أَعْمَالُكُمْ وَنَحْنُ لَهُ مُخْلِصُونَ ﴿١٣٩﴾

১৪০। হায়যু (মখোইদা): "নখোইনা চীন্দান পাওদান্নব্রা ঐখোইগা অল্লাহগী মরমদা, মহাক্তি ঐখোইগী মপুনি অমসুং নখোইগীসু মপুনি? অদুগা ঐখোইনা তৌবা থবকশিংনা ঐখোইগীনি অমসুং নখোইনা তৌবা থবকশিংনা নখোইগীনি; অমসুং মহাকমক্তা ঐখোই চাননা থরাই লু্প্লবনি।

أَمْ تَقُولُونَ إِنَّ إِبْرَاهِيمَ وَإِسْمَاعِيلَ وَإِسْحَاقَ وَيَعْقُوبَ وَالْأَسْبَاطَ كَانُوا هُودًا أَوْ نَصَارَىٰ ۗ قُلْ أَأَنتُمْ أَعْلَمُ أَمِ اللَّهُ ۗ وَمَنْ أَظْلَمُ مِمَّن كَتَمَ شَهَادَةً عِندَهُ مِنَ اللَّهِ ۗ وَمَا اللَّهُ بِغَافِلٍ عَمَّا تَعْمَلُونَ ﴿١٤٠﴾

১৪১।
নত্ত্রগা নখোইনা হায়ব্রা ইব্রাহীম, ইসমাঈল, ইসহাক, য়াকুব অমসুং মখোইগী মচা-মশুশিং (লোয়নমক) ওইরম্মী য়হূদীশিং অমসুং খৃষ্টিয়ানশিং? হায়যু (মখোইদা): "নখোইনা হেন্না খঙব্রা নত্ত্রগা অল্লাহনা (খঙব্রা)?" অদুগা অল্লাহদগী ফংখিবা সাক্ষী লোৎশিনবা মঙোন্দগী হেন্না চুমদবা কনা লৈ? অদুগা অল্লাহনা যৌওইদবা নত্তে নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

تِلْكَ أُمَّةٌ قَدْ خَلَتْ ۖ لَهَا مَا كَسَبَتْ وَلَكُم مَّا كَسَبْتُمْ ۖ وَلَا تُسْأَلُونَ عَمَّا كَانُوا يَعْمَلُونَ ﴿١٤١﴾ ع

১৪২। মখোইগী মীরোনসে শিত্ত্রবনি: মখোইনা কমায়খিবগী (মহৈ) মখোইনা ফংগনি, অমসুং নখোইনা কমায়বগী (মহৈ) নখোইনা ফংগনি; অমসুং নখোইদা করিসু হং-থিবিরোই মখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

১৭ শুবা রুকূ

سَيَقُولُ السُّفَهَاءُ مِنَ النَّاسِ مَا وَلَّاهُمْ عَن قِبْلَتِهِمُ الَّتِي كَانُوا عَلَيْهَا ۚ قُل لِّلَّهِ الْمَشْرِقُ وَ

১৪৩। মীশিংগী মরক্তগী অপঙ তাইবঙ-জাম্বশিংনা হায়গনি: "করিনা (মুসলিমশিংনা) মখোইগী কিবলহদগী মখোইবু (ক'অবহরোমদা মমায়) ওলহনখরিবনো?" হায়যু: "নোংপোক অমসুং নোংচুপকী মপুদি অল্লাহনি; মহাকনা

লমজিংবি মহাকনা অচানবশিংবুতা অচুম্বা লম্বীদা।"

الْمَغْرِبُ ۚ يَهْدِي مَن يَشَاءُ إِلَىٰ صِرَاطٍ مُّسْتَقِيمٍ ﴿١٤٢﴾

১৪৪। অদুগা অসুম্না ঐখোইনা শেমখি নখোইবু চপচানা চাং নাইবা জাতি অমা ওইনা, অদুনা নখোইনা সাক্ষী ওইনবা মীশিংগী মথক্তা অমসুং রসুলনা সাক্ষী ওইনবা নখোইগী নথক্তা। অদুগা ঐখোইনা লেপ্পিখিদে নংনা হান্না ওইরম্বা কিবলহদু, নত্তনা ঐখোইনা মশক খঙনবগী রসুলগী মতুং কনা কনা ইনবা, মঙোন্দগী কনানা মমায় লৈথোকপা। অদুগা (কিবলহ ওলবগী ৱাফমসি) অচৌবা চাংয়েং অমনি অল্লাহনা লমজিংবিবশিং নত্তবগীদি। নত্রগা অল্লাহনা মাঙহনবিরোই নখোইগী ঈমান অরেম্বদা। তশেংবমক অল্লাহদি মীনুংশি চাওবনি, নুংশিহৈবনি তাইবঙ মীওইবশিংদা।

وَكَذَٰلِكَ جَعَلْنَاكُمْ أُمَّةً وَسَطًا لِّتَكُونُوا شُهَدَاءَ عَلَى النَّاسِ وَيَكُونَ الرَّسُولُ عَلَيْكُمْ شَهِيدًا ۗ وَمَا جَعَلْنَا الْقِبْلَةَ الَّتِي كُنتَ عَلَيْهَا إِلَّا لِنَعْلَمَ مَن يَتَّبِعُ الرَّسُولَ مِمَّن يَنقَلِبُ عَلَىٰ عَقِبَيْهِ ۚ وَإِن كَانَتْ لَكَبِيرَةً إِلَّا عَلَى الَّذِينَ هَدَى اللَّهُ ۗ وَمَا كَانَ اللَّهُ لِيُضِيعَ إِيمَانَكُمْ ۚ إِنَّ اللَّهَ بِالنَّاسِ لَرَءُوفٌ رَّحِيمٌ ﴿١٤٣﴾

১৪৫। থাঙ্গৈশেংবমক ঐখোইনা উখি নংবু নমায় তোয়না ওন্দুনা য়েংখৎপা আসমানরোমদা; মরম অদুনা ঐখোইনা শোয়দনমক নংবু ওলহনবিগনি নংনা পাম্বা কিবলহদা। মরম অসিনা নং নমায় ওল্লু (নমাজ তৌবদা) মসজিদ অশেংবগী মায়কৈ-রোমদা। অদুগা নখোইনা করিগুম্বা মফম অমদা লৈরবসু, (নমাজ তৌবদা) নমায়শিং ওল্লু মসিগী মায়কৈদা। অদুগা কিতাব পীখিবা মীশিংনা তশেংবমক খঙই মাসি অচুম্বনি হায়বা মখোইগী মপুদগী; অমসুং অল্লাহনা পুকনিং চঙদবা নত্তে মখোইনা তৌরিবা-পুম্বা।

قَدْ نَرَىٰ تَقَلُّبَ وَجْهِكَ فِي السَّمَاءِ ۖ فَلَنُوَلِّيَنَّكَ قِبْلَةً تَرْضَاهَا ۚ فَوَلِّ وَجْهَكَ شَطْرَ الْمَسْجِدِ الْحَرَامِ ۚ وَحَيْثُ مَا كُنتُمْ فَوَلُّوا وُجُوهَكُمْ شَطْرَهُ ۗ وَإِنَّ الَّذِينَ أُوتُوا الْكِتَابَ لَيَعْلَمُونَ أَنَّهُ الْحَقُّ مِن رَّبِّهِمْ ۗ وَمَا اللَّهُ بِغَافِلٍ عَمَّا يَعْمَلُونَ ﴿١٤٤﴾

১৪৬। অদুগা নংনা খুদম কয়া উহল্লবসু (হান্না) কিতাব ফংখিবশিংদা, মখোইনা কদৌনুংদসু য়ারোই নংগী কিবলহদু; নত্রগা নংসু য়ারোই মখোইগী কিবলহদু; নত্রগা মখোইগী মরক্তগী খরনা য়ারোই অতোপ্পগী কিবলহ। অদুগা নংনা তুংইল্লবদি মখোইগী অপাম্বশিংগী নংঙোন্দা জ্ঞান

وَلَئِنْ أَتَيْتَ الَّذِينَ أُوتُوا الْكِتَابَ بِكُلِّ آيَةٍ مَّا تَبِعُوا قِبْلَتَكَ ۚ وَمَا أَنتَ بِتَابِعٍ قِبْلَتَهُمْ ۚ وَمَا بَعْضُهُم بِتَابِعٍ قِبْلَةَ بَعْضٍ ۚ وَلَئِنِ اتَّبَعْتَ أَهْوَاءَهُم مِّن بَعْدِ مَا

লাকখ্রবা মতুংদা, নংসু তশেংনমক ওইখিনি (অমা) অরানবা লম্বীনবশিংগী।

جَآءَكَ مِنَ الْعِلْمِ ۙ إِنَّكَ إِذًا لَّمِنَ الظّٰلِمِينَ ﴿١٤٥﴾

১৪৭। ঐখোইনা কিতাব পীখিবা মখোইনা মুন্না খঙই মসি মখোইনা মশক খঙবগুম মখোইগী মচা পিবাশিংবু, তৌইগুম্বসুং মখোইগী মরক্তগী ৰরনা লোৎশিল্লি অচুম্বদু খঙনা-খঙনা।

الَّذِينَ اٰتَيْنٰهُمُ الْكِتٰبَ يَعْرِفُونَهٗ كَمَا يَعْرِفُونَ أَبْنَآءَهُمْ ۖ وَإِنَّ فَرِيقًا مِّنْهُمْ لَيَكْتُمُونَ الْحَقَّ وَهُمْ يَعْلَمُونَ ﴿١٤٦﴾

১৪৮। মসি অচুম্বনি নংগী মপুদগী; মরম অদুনা নংসু ওইগনু (অমা) চিংনবশিংগী।

اَلْحَقُّ مِن رَّبِّكَ فَلَا تَكُونَنَّ مِنَ الْمُمْتَرِينَ ﴿١٤٧﴾

১৮ শুবা রুকূ

১৪৯। অদুগা মী খুদিংগী লৈ লমথুংফম অমমম মদুদা মানা ওনশল্লি; মরম অদুনা নখোই তাপ্নৌ অমনা অমগী মথক থোংনবা অফবা থবকশিংদা। করিগুম্বা মফম অমদা নখোই লৈরবসু, অল্লাহনা পুল্লপ্পা খোমজনবিগনি নখোইবু তশেংবমক, অল্লাহদি শক্তি লৈবনি তৌবা ঙম্বগী মহাকনা ভৌনীংবা পুম্নমক।

وَلِكُلٍّ وِّجْهَةٌ هُوَ مُوَلِّيهَا فَاسْتَبِقُوا الْخَيْرٰتِ ۗ أَيْنَ مَا تَكُونُوا يَأْتِ بِكُمُ اللّٰهُ جَمِيعًا ۗ إِنَّ اللّٰهَ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيرٌ ﴿١٤٨﴾

১৫০। অদুগা করিগুম্বা মফম অমদগী নংনা থোরকলবসু, ওনশল্লু নংগী নমায় অশেংবা মসজিদকী মায়কৈরোমদা; মরমদি মসি তশেংবমক অচুম্বা (হুকুম) নি নংগী মপুদগী; অমসুং অল্লাহনা পুক্নিং চঙদবা নত্তে নখোইনা তৌরিবা-পুম্বা।

وَمِنْ حَيْثُ خَرَجْتَ فَوَلِّ وَجْهَكَ شَطْرَ الْمَسْجِدِ الْحَرَامِ ۖ وَإِنَّهٗ لَلْحَقُّ مِن رَّبِّكَ ۗ وَمَا اللّٰهُ بِغٰفِلٍ عَمَّا تَعْمَلُونَ ﴿١٤٩﴾

১৫১। অদুগা নংনা করিগুম্বা মফম অমদগী থোরকলবসু, ওনশল্লু নংগী নমায় অশেংবা মসজিদকী মায়কৈরোমদা। অমসুং নখোই করিগুম্বা মফম অমদা লৈরবসু, ওনশল্লু নখোইগী মায়শিং মদুগী মায়কৈরোমদা অদুনা অতোপ্পা মীশিংনা রায়েৎনবগী মরম ওইদনবা নখোইগা, নত্তনা মখোইগী মরক্তা অরানবা লম্বীনবশিং — কিগনু মখোইবু, তৌইগুম্বসুং কিয়ু ঐবু,

وَمِنْ حَيْثُ خَرَجْتَ فَوَلِّ وَجْهَكَ شَطْرَ الْمَسْجِدِ الْحَرَامِ ۖ وَحَيْثُ مَا كُنتُمْ فَوَلُّوا وُجُوهَكُمْ شَطْرَهٗ لِئَلَّا يَكُونَ لِلنَّاسِ عَلَيْكُمْ حُجَّةٌ ۙ إِلَّا الَّذِينَ ظَلَمُوا مِنْهُمْ فَلَا تَخْشَوْهُمْ وَاخْشَوْنِي ۙ وَلِأُتِمَّ نِعْمَتِي

عَلَيْكُمْ وَلَعَلَّكُمْ تَهْتَدُوْنَ ﴿١٥٠﴾

অদুনা ঐনা পুরা তৌবিনবা ঐগী থৌজাল নখোইগী নথক্তা অমসুং নখোইবু লমজিংবিনবা।

كَمَآ اَرْسَلْنَا فِيْكُمْ رَسُوْلًا مِّنْكُمْ يَتْلُوْا عَلَيْكُمْ اٰيٰتِنَا وَيُزَكِّيْكُمْ وَيُعَلِّمُكُمُ الْكِتٰبَ وَالْحِكْمَةَ وَيُعَلِّمُكُمْ مَّا لَمْ تَكُوْنُوْا تَعْلَمُوْنَ ﴿١٥١﴾

১৫২। অদুম্মা ঐখোইনা থাবিখি রসুল অমা নখোইদা নখোইগী নরক্তগী, মহাকনা থীর-থীরদুনা তাহল্লি নখোইদা ঐখোইগী পাওজেনশিং অমসুং শেংদোকপি নখোইবু অমসুং তম্বি নখোইবু কিতাব অমসুং মহৈ-মশিং, অমসুং তম্বি নখোইবু নখোইনা হান্না খঙলমদবদু।

فَاذْكُرُوْنِيْٓ اَذْكُرْكُمْ وَاشْكُرُوْا لِيْ وَلَا تَكْفُرُوْنِ ﴿١٥٢﴾

১৫৩। মরম অদুনা (নখোই) নীংশিঙঙু ঐবু, ঐনসু নীংশিঙবিগনি নখোইবু অমসুং তৌবিমল খঙবা উৎলু ঐঙোন্দা, অমসুং (কদৌনুংদসু) তৌবিমল খঙদবা তৌগনু ঐঙোন্দা।

১৯ শুবা রুকূ

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوا اسْتَعِيْنُوْا بِالصَّبْرِ وَالصَّلٰوةِ ۭ اِنَّ اللّٰهَ مَعَ الصّٰبِرِيْنَ ﴿١٥٣﴾

১৫৪। হে অচুম্বা থাজবশিং! নীজৌ মতেং অখাংকনবগা লোয়ননা অমসুং (চাং নাইনা) নমাজ তৌদুনা। তশেংবমক অল্লাহদি (মতম-পুম্বদা) ইলোয়-লোয়নবি অখাংকনবশিংগা।

وَلَا تَقُوْلُوْا لِمَنْ يُّقْتَلُ فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ اَمْوَاتٌ ۭ بَلْ اَحْيَاۗءٌ وَّلٰكِنْ لَّا تَشْعُرُوْنَ ﴿١٥٤﴾

১৫৫। অদুগা হায়গনু অল্লাহগী মরমদা হাৎখিবশিংদু 'শিখ্রে'; নত্তে, মখোই 'হিংলি'; তৌইগুম্বসুং নখোইনা খঙদে (মখোইবু)।

وَلَنَبْلُوَنَّكُمْ بِشَيْءٍ مِّنَ الْخَوْفِ وَالْجُوْعِ وَنَقْصٍ مِّنَ الْاَمْوَالِ وَالْاَنْفُسِ وَالثَّمَرٰتِ ۭ وَبَشِّرِ الصّٰبِرِيْنَ ﴿١٥٥﴾

১৫৬। অদুগা ঐখোইনা চাং য়েংবিগনি নখোইবু অকিবা ফংহন্দুনা অমসুং চরা য়াঙ্গোই শিৎহন্দুনা অমসুং মাঙতাকহন্দুনা নরন-নথুম অমসুং নথরাইশিং অমসুং মহৈ-মরোংশিং; তৌইগুম্বসুং নং থুংঙু হরাওবা পাওজেন অখাংকনবশিংদা।

الَّذِيْنَ اِذَآ اَصَابَتْهُمْ مُّصِيْبَةٌ ۙ قَالُوْٓا اِنَّا لِلّٰهِ وَاِنَّآ اِلَيْهِ رٰجِعُوْنَ ﴿١٥٦﴾

১৫৭। মখোইনা, করিগুম্বা লায়বক থীবা অমা থোরকপদা, হায়ঃ "তশেংবমক ঐখোই (ইশামক) অল্লাহগীনি অমসুং মঙোন্দা ঐখোই হনজনগনি।"

اُولٰۗىِٕكَ عَلَيْهِمْ صَلَوٰتٌ مِّنْ رَّبِّهِمْ وَرَحْمَةٌ ۣ وَاُولٰۗىِٕكَ هُمُ الْمُهْتَدُوْنَ ﴿١٥٧﴾

১৫৮। মখোইসিদা পীবি নুংঙাইবা অমসুং ঙাকপিবা মখোইগী মপুদগী; অমসুং মখোইসি ফংখ্রবনি অচুম্বা লমজিং।

১৫৯। থাঙ্গৈশেংবমক 'অল-সফা' অমসুং 'অল-মররহ' (চীংদুম অনি) অল্লাহগী সিম্বোল-শিংগী মরক্তনি; মরম অদুনা কনাগুম্বনা য়ুমজাওসিদা 'হজ্জ' নত্ত্রগা 'উমরহ' তৌবদা (চীংদুম) অনিগী মরক্তা 'তৱাফ' তৌরম্বদা দোশ করিসু লৈতে। অদুগা কনাগুম্বনা মথন্তা নীংজদুনা অফবা তৌরবদি, অল্লাহদি তশেংনমক শীংথানবিহৈবনি, পুংখঙ-খঙবনি।

إِنَّ الصَّفَا وَالْمَرْوَةَ مِنْ شَعَآئِرِ اللّٰهِ ۚ فَمَنْ حَجَّ الْبَيْتَ اَوِ اعْتَمَرَ فَلَا جُنَاحَ عَلَيْهِ اَنْ يَّطَّوَّفَ بِهِمَا ۗ وَمَنْ تَطَوَّعَ خَيْرًا ۙ فَاِنَّ اللّٰهَ شَاكِرٌ عَلِيْمٌ ﴿١٥٩﴾

১৬০। অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা লোৎশিনবা তশেং-তশেংবা খুদমশিং অমসুং লমজিং ঐখোইনা ফোংদোকপিখ্রবা মতুংদা মীনা তশেংনা খঙনবগীদমক ধর্ম্মগী কিতাবদা, মখোইসিবু অল্লাহনা সিরাপ তৌবিখ্রে; অমসুং অতে সিরাপ তৌবশিংনসু শাপ তৌবিখ্রে মখোইবু।

اِنَّ الَّذِيْنَ يَكْتُمُوْنَ مَآ اَنْزَلْنَا مِنَ الْبَيِّنٰتِ وَالْهُدٰى مِنْۢ بَعْدِ مَا بَيَّنّٰهُ لِلنَّاسِ فِى الْكِتٰبِ ۙ اُولٰٓئِكَ يَلْعَنُهُمُ اللّٰهُ وَيَلْعَنُهُمُ اللّٰعِنُوْنَ ﴿١٦٠﴾

১৬১। তৌইগুম্বসুং (পাপ তৌখ্রবা মতুংদা) করি নুংগী তৌরুবনো হায়না নুংনাংবা ফোংদোকপা অমসুং (মশাগী লীচৎ শাজৎ) চুমথোকপা অমসুং তফোং-তফোংনা লাউথোকপা, মখোইসিবু ঐনা চানবিখ্রে; অমসুং ঐদি হন্না-হন্না চানবিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

اِلَّا الَّذِيْنَ تَابُوْا وَاَصْلَحُوْا وَبَيَّنُوْا فَاُولٰٓئِكَ اَتُوْبُ عَلَيْهِمْ ۚ وَاَنَا التَّوَّابُ الرَّحِيْمُ ﴿١٦١﴾

১৬২। থাঙ্গৈশেংবমক অদুগুম্বা মীওইশিং অচুম্বা থাজদবা অমসুং মখোইনা শিরবা অচুম্বা থাজদরিঙৈদা, মখোইগী মথক্তা সিরাপনি অল্লাহগী অমসুং ফরিশতহশিংগী অমসুং মীশিংগী পুল্লপ পুম্না,—

اِنَّ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا وَمَاتُوْا وَهُمْ كُفَّارٌ اُولٰٓئِكَ عَلَيْهِمْ لَعْنَةُ اللّٰهِ وَالْمَلٰٓئِكَةِ وَالنَّاسِ اَجْمَعِيْنَ ﴿١٦٢﴾

১৬৩। (মখোই) লৈরগনি মদুদা; মখোইদা পীবা ৱায়েল-চৈরাকদু করিমতা য়াংহন্নবিরোই নত্ত্রগা মখোইবু পীবিরোই পোথাবা।

خٰلِدِيْنَ فِيْهَا ۚ لَا يُخَفَّفُ عَنْهُمُ الْعَذَابُ وَلَا هُمْ يُنْظَرُوْنَ ﴿١٦٣﴾

১৬৪। অদুগা (হে মীওইবশিং!) নখোইগী চীঙু লাইদি খুদা অমতনি; লৈতে চীঙু লাই কনা অমতা মহাক নত্তনা, (মহাক্তি) থৌজালহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَاِلٰهُكُمْ اِلٰهٌ وَّاحِدٌ ۚ لَآ اِلٰهَ اِلَّا هُوَ الرَّحْمٰنُ الرَّحِيْمُ ﴿١٦٤﴾

## ২০ শুবা রুকূ

১৬৫। থাঙ্গৈশেংবমক আসমান অমসুং পৃথিবীগি খুৎশেমদা, অমসুং অহিং অমসুং নুংথিলগী য়াওন্দা, অমসুং সমুদ্র ঈশিং ঈপাক্তা তাইবঙ মীগী কান্নবগী (মাল) পুদুনা হোল্লিবা জহাজদা, অমসুং আসমান্দগী (নোং) ঈশিং তাহন্দুনা শিরবা (অমসুং মহৈ-মরোং থোক্ত্রবা) পৃথিবীবু অমুকহন্না হিংগৎহল্লিবদা, অমসুং (মালেম থন্না) শা মখল-মখল চাইথোকলিবদা, অমসুং নুংশিৎকী শহুম ওথোক-ওনশিন্দা, অমসুং নোংনা কোয়মং-মংলিবা আসমান অমসুং পৃথিবীগী মরক্তা—পুম্নমকসি থাঙ্গৈশেংবা খুদমশিংনি স্তান লৈবা মীওইশিংদা।

إِنَّ فِي خَلْقِ السَّمٰوٰتِ وَالْأَرْضِ وَاخْتِلَافِ الَّيْلِ وَالنَّهَارِ وَالْفُلْكِ الَّتِي تَجْرِي فِي الْبَحْرِ بِمَا يَنْفَعُ النَّاسَ وَمَا أَنْزَلَ اللّٰهُ مِنَ السَّمَاءِ مِنْ مَاءٍ فَأَحْيَا بِهِ الْأَرْضَ بَعْدَ مَوْتِهَا وَبَثَّ فِيهَا مِنْ كُلِّ دَابَّةٍ وَتَصْرِيفِ الرِّيٰحِ وَالسَّحَابِ الْمُسَخَّرِ بَيْنَ السَّمَاءِ وَالْأَرْضِ لَاٰيٰتٍ لِقَوْمٍ يَعْقِلُونَ ﴿١٦٤﴾

১৬৬। অদুগা তাইবঙ মীশিংগী মরক্তা খরনা লৌই অল্লাহ নত্তবশিংবু ঈরাৎনবগী পোৎশিং ওইনা অমসুং নুংশি মখোইবু অল্লাহবু নুংশি-গদবগুম্না। তৌইগুম্বসুং ঈমান লৈবশিংনা অল্লাহবু নুংশিবনা থল্লাই য়াওবা হেল্লি (মূর্তি ঈরাৎপশিংদগী)। আঃ অরানবা লম্বীনবশিংনা করিগুম্বা উরমলবদি (অরানবা লম্বীনবগী ফল)। মখোইনা (নুমিৎ অমদা) উরগা রায়েল-চৈরাক্কী মশক (খঙগনি) মদুদি ঃ শক্তি পুম্নমক লৈবদি অল্লাহতনি অমসুং অল্লাহদি শাথীবনি রায়েল-চৈরাক পীবদা।

وَمِنَ النَّاسِ مَنْ يَتَّخِذُ مِنْ دُونِ اللّٰهِ أَنْدَادًا يُحِبُّونَهُمْ كَحُبِّ اللّٰهِ وَالَّذِينَ اٰمَنُوا أَشَدُّ حُبًّا لِلّٰهِ وَلَوْ يَرَى الَّذِينَ ظَلَمُوا إِذْ يَرَوْنَ الْعَذَابَ أَنَّ الْقُوَّةَ لِلّٰهِ جَمِيعًا وَأَنَّ اللّٰهَ شَدِيدُ الْعَذَابِ ﴿١٦٥﴾

১৬৭। মতুং ইলহল্লম্বশিংনা (নুমিৎ অমদা) থাদোকপিরবদা মতুং ইনবশিংবু অমসুং মখোইনা উগনি রায়েল-চৈরাক (মথক-মথক্তা ননবা), অমসুং মখোই (অমগা অমগা) লৈনরম্বা মরীসু ককথৎপিগ্রগনি।

إِذْ تَبَرَّأَ الَّذِينَ اتُّبِعُوا مِنَ الَّذِينَ اتَّبَعُوا وَرَأَوُا الْعَذَابَ وَتَقَطَّعَتْ بِهِمُ الْأَسْبَابُ ﴿١٦٦﴾

১৬৮। অদুগা তুং-ইনবশিংনা (নীংবা কায়দুনা) হায়গনি ঃ "আঃ ঐখোইনা হনবা য়ারমলবদি (সংসারদা) ঐখোইনা থাদোকলমগনি মখোইবু মখোইনা থাদোকলম্বগুম ঐখোইবু।" অসুম্না

وَقَالَ الَّذِينَ اتَّبَعُوا لَوْ أَنَّ لَنَا كَرَّةً فَنَتَبَرَّأَ مِنْهُمْ كَمَا تَبَرَّءُوا مِنَّا كَذٰلِكَ يُرِيهِمُ اللّٰهُ أَعْمَالَهُمْ حَسَرٰتٍ

عَلَيْهِمْ ۭ وَمَا هُمْ بِخٰرِجِيْنَ مِنَ النَّارِ ﴿١٦٧﴾

অল্লাহনা উহনবিগনি মখোইবু মখোইনা তৌখিবা থবকশিংগী (মহে) য়াম্না; অরাবা ওইনা মখোইদা, অমসুং মখোই নাংথোকলরোই খাম্বি মৈদগী।

২১ শুবা রুকূ

يٰٓاَيُّهَا النَّاسُ كُلُوْا مِمَّا فِى الْاَرْضِ حَلٰلًا طَيِّبًا ۖ وَّلَا تَتَّبِعُوْا خُطُوٰتِ الشَّيْطٰنِ ۭ اِنَّهٗ لَكُمْ عَدُوٌّ مُّبِيْنٌ ﴿١٦٨﴾

১৬৯। হে মীওইবশিং! চাও পৃথিবীদা লৈবা চাহৈবা অশেংবা পোৎশিংতা, অমসুং ইনগনু শৈতানগী খোঙ্গুল; তশেংবমক মহাক্তি নখোইগী অফোংবা য়েক্কবনি।

اِنَّمَا يَاْمُرُكُمْ بِالسُّوْۗءِ وَالْفَحْشَاۗءِ وَاَنْ تَقُوْلُوْا عَلَى اللّٰهِ مَا لَا تَعْلَمُوْنَ ﴿١٦٩﴾

১৭০। মহাকনা য়াথংনৈ নখোইবু ফত্তবা অমসুং লূদবা থবকশিং তৌনবগী, অমসুং নখোইনা ওাঙ-শকই অল্লাহগী মরমদা নখোইনা খঙদবদু।

وَاِذَا قِيْلَ لَهُمُ اتَّبِعُوْا مَآ اَنْزَلَ اللّٰهُ قَالُوْا بَلْ نَتَّبِعُ مَآ اَلْفَيْنَا عَلَيْهِ اٰبَاۗءَنَا ۭ اَوَلَوْ كَانَ اٰبَاۗؤُھُمْ لَا يَعْقِلُوْنَ شَـيْـــًٔـا وَّلَا يَهْتَدُوْنَ ﴿١٧٠﴾

১৭১। অদুগা অচুম্বা থাজদবশিং মখোইদা হায়খিবদা, "অল্লাহনা থাবিরকখিবা অসিগী তুং-ইল্লু," মখোইনা পাওখুম্মি ঃ "নত্তে, ঐখোইনা তুং-ইল্লি ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংনা তৌখিবা অদুগী।" করি! মখোইগী মপা-মপুশিংনা করি অমতা খঙলমদ্রবসু অমসুং লমজিং ইনখিদ্রবসু?

وَمَثَلُ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا كَمَثَلِ الَّذِىْ يَنْعِقُ بِمَا لَا يَسْمَعُ اِلَّا دُعَاۗءً وَّنِدَاۗءً ۭ صُمٌّۢ بُكْمٌ عُمْىٌ فَهُمْ لَا يَعْقِلُوْنَ ﴿١٧١﴾

১৭২। অদুগা অচুম্বা থাজদবশিংগী পান্দমদি অসিগুম্বনি ঃ মী অমনা লাউই ইতা-তাদবদা, মদুনা করিসু তাদে কৌরকপা অমসুং লাউরকপা নত্তনা (মতৌ অদুগুম্না মখোই ওইবগুম ভৌখ্রে) মনা পঙবা, মরোল থোক্তবা, মমিৎ তাংবা—মরম অদুনা মখোই করিসু খঙদে।

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا كُلُوْا مِنْ طَيِّبٰتِ مَا رَزَقْنٰكُمْ وَاشْكُرُوْا لِلّٰهِ اِنْ كُنْتُمْ اِيَّاهُ تَعْبُدُوْنَ ﴿١٧٢﴾

১৭৩। হে অচুম্বা থাজবশিং! চাও অফবা পোৎশিংতা ঐখোইনা পীখিবদু নখোইদা অমসুং উৎলু তৌবিমল খঙবা অল্লাহদা, মহাক্তবু নখোইনা ভক্তি ভৌরবদি।

اِنَّمَا حَرَّمَ عَلَيْكُمُ الْمَيْتَةَ وَالدَّمَ وَلَحْمَ الْخِنْزِيْرِ وَمَآ اُهِلَّ بِهٖ لِغَيْرِ اللّٰهِ ۚ فَمَنِ اضْطُرَّ غَيْرَ بَاغٍ وَّ

১৭৪। মহাকনা (চাগনু হায়না) থিংখিবদি নখোইবু ঃ (১) মথন্না শিজবা শা, অমসুং (২) ঈ, অমসুং (৩) ওকশা, অমসুং (৪) অল্লাহ নত্তবা অতোপ্পা (গী মমিং) শোল (দুনা লেন) খ্রবা;

لَا عَادٍ فَلَآ اِثْمَ عَلَيْهِ ۭ اِنَّ اللّٰهَ غَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ﴿١٧٣﴾

তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা তঙাইফদবা মতাংদা, অপাম্বা মরমদগী নত্তগা কা হোন্দোকপদগী নত্তবদি, করিসু দোশ লৈতে। তশেংবমক, অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

اِنَّ الَّذِيْنَ يَكْتُمُوْنَ مَآ اَنْزَلَ اللّٰهُ مِنَ الْكِتٰبِ وَ يَشْتَرُوْنَ بِهٖ ثَمَنًا قَلِيْلًا ۙ اُولٰۗىِٕكَ مَا يَاْكُلُوْنَ فِىْ بُطُوْنِهِمْ اِلَّا النَّارَ وَلَا يُكَلِّمُهُمُ اللّٰهُ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ وَلَا يُزَكِّيْهِمْ ښ وَلَهُمْ عَذَابٌ اَلِيْمٌ ﴿١٧٤﴾

১৭৫। অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা লোৎশল্লবদি (শরুক খরা) অল্লাহনা থাবিরকখিবা কিতাবকী অমসুং য়োল্থোকলবদি মদু মমল খজিক্তং লৌদুনা মখোইদু মপুক্তা মৈ চাবগা পাংখকনি অমসুং কিয়ামত (শিবদগী অমুক হিংগৎহনবা) নুমিত্তা অল্লাহনা রা ঙাঙবিরোই মখোইদা অমসুং শেংদোকপিরোই মখোইবু মপাপ্তগী; অমসুং মখোই ফংগনি অৱাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

اُولٰۗىِٕكَ الَّذِيْنَ اشْتَرَوُا الضَّلٰلَةَ بِالْهُدٰى وَالْعَذَابَ بِالْمَغْفِرَةِ ۚ فَمَآ اَصْبَرَهُمْ عَلَى النَّارِ ﴿١٧٥﴾

১৭৬। মখোইসি লৈশিনজখ্রবনি অরানবা লমজিংগী মহুত্তা অমসুং রায়েল-চৈরাক ঙাকপিবগী মহুত্তা। কয়া য়াম্না মথৌনা ফনা মখোই খাংগদৌরিবা খাম্বি মৈদা!

ذٰلِكَ بِاَنَّ اللّٰهَ نَزَّلَ الْكِتٰبَ بِالْحَقِّ ۭ وَاِنَّ الَّذِيْنَ اخْتَلَفُوْا فِى الْكِتٰبِ لَفِىْ شِقَاقٍۢ بَعِيْدٍ ﴿١٧٦﴾

১৭৭। ——————— মদুগী মরমদি অল্লাহনা থাবিরকখি কিতাবসি অচুম্বগা লোয়ননা। অদুগা কিতাব অসিগী মরমদা য়াদবশিংদু য়ৌরবনি য়েক্লবদা।

২২ শুবা রুকূ

لَيْسَ الْبِرَّ اَنْ تُوَلُّوْا وُجُوْهَكُمْ قِبَلَ الْمَشْرِقِ وَ الْمَغْرِبِ وَ لٰكِنَّ الْبِرَّ مَنْ اٰمَنَ بِاللّٰهِ وَالْيَوْمِ الْاٰخِرِ وَالْمَلٰۗىِٕكَةِ وَ الْكِتٰبِ وَ النَّبِيّٖنَ ۚ وَاٰتَى الْمَالَ عَلٰى حُبِّهٖ ذَوِى الْقُرْبٰى وَ الْيَتٰمٰى وَالْمَسٰكِيْنَ وَابْنَ السَّبِيْلِ ۙ وَ السَّاۗىِٕلِيْنَ وَ فِى الرِّقَابِ ۚ وَاَقَامَ الصَّلٰوةَ وَ اٰتَى الزَّكٰوةَ ۚ وَ الْمُوْفُوْنَ بِعَهْدِهِمْ اِذَا عٰهَدُوْا ۚ وَالصّٰبِرِيْنَ

১৭৮। ধর্ম্ম লৈবা কৌবা য়াদে নমায়শিং ওনবতনা নোংপোক নত্তগা নোংচুপ্তা, তৌইগুম্বসুং ধর্ম্ম লৈবা হায়বদি মহাক অদুবুনি—মহাকনা থাজে অল্লাহবু অমসুং অরোয়বা নুমিৎপু অমসুং ফরিশতহশিংবু অমসুং কিতাববু অমসুং নবীশিংবু, অমসুং পীথোকই মহাক্কী লন-থুম নুংশিবগীদমক্তা (অল্লাহ) মহাকপু, অনকপা মরী-মতা থোকপশিংদা অমসুং পীতৎ-পাতৎপা মচাশিংদা অমসুং লৈত-লাইরবশিংদা অমসুং মুসাফিরশিংদা অমসুং অনীবশিংদা অমসুং লানফাশিংবু থাদোকহনবদা; অমসুং নমাজ তেক্তে অমসুং

জকাত পী; অমসুং ৱাশক কায়দে মখোইনা ৱাশক তৌখ্রবদা, অমসুং অখাংকল্লি লৈত-লাইরবা অমসুং অৱা-অনংবদা ঈৱাক্লরবদা অমসুং (পাখৎকন্দে) শা-লানগী মতমদা। মখোইসি অচুম্বা শকপান্নবা ঙাকনি অমসুং মখোইসি ধর্ম্ম ফম্বৈনবা ঙাকনি।

فِي الْبَأْسَاءِ وَالضَّرَّاءِ وَحِينَ الْبَأْسِ ۗ أُولَٰئِكَ الَّذِينَ صَدَقُوا ۖ وَأُولَٰئِكَ هُمُ الْمُتَّقُونَ ﴿١٧٧﴾

১৭৯। হে অচুম্বা থাজবশিং! মী হাৎপগী মথক্তা লমল খুম্বা য়াবগী হুকুম পীরবনি নখোইদা ঃ মনীং তম্বনা মনীং তম্বগী মহুত্তা অমসুং মীনাইনা মীনাইগী মহুত্তা অমসুং নুপীনা নুপীগী মহুত্তা (শিগনি)। অদুম ওইনমক (মীহাৎপা) কনাগুম্ববু (শিখরিবদুগী) মচিন মনাওনা ঙাকপিরবদি, (ঈমলগী) ৱাকৎ অদু চৎনবী মতুংইন্না চত্থগদবনি অমসুং (ঈমলগী) দাবী তৌরকপদু (মীহাৎপনা) পীগদবনি ফজবা মওংদা। মসি অৱাবগী চাং হন্থহনবিবনি মখোইগী মপুগী মায়কৈদগী অমসুং ঙাকপিবনি। (আপস তৌনরবা) মতুংদা কনা গুম্বনা কা হেনবা থবক তৌরবদি, মহাক ফংগনি অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈৱাক।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا كُتِبَ عَلَيْكُمُ الْقِصَاصُ فِي الْقَتْلَى ۖ الْحُرُّ بِالْحُرِّ وَالْعَبْدُ بِالْعَبْدِ وَالْأُنثَىٰ بِالْأُنثَىٰ ۚ فَمَنْ عُفِيَ لَهُ مِنْ أَخِيهِ شَيْءٌ فَاتِّبَاعٌ بِالْمَعْرُوفِ وَأَدَاءٌ إِلَيْهِ بِإِحْسَانٍ ۗ ذَٰلِكَ تَخْفِيفٌ مِّن رَّبِّكُمْ وَرَحْمَةٌ ۗ فَمَنِ اعْتَدَىٰ بَعْدَ ذَٰلِكَ فَلَهُ عَذَابٌ أَلِيمٌ ﴿١٧٨﴾

১৮০। অদুগা লমল খুম্বা য়াবা (হুকুম) অসিদা নখোইগী হিংনঙাইনি, হে জ্ঞান লৈবা মীওইশিং! অদুনা নখোই ঙাকচৌ নশামকপু।

وَلَكُمْ فِي الْقِصَاصِ حَيَاةٌ يَا أُولِي الْأَلْبَابِ لَعَلَّكُمْ تَتَّقُونَ ﴿١٧٩﴾

১৮১। (অল্লাহনা) পীবিরে নখোইদা হুকুম অমসু মদুদি নখোইগী মরক্তা কনাগুম্বনা শিরমদাইগী মতমদা লন-থুম থরমলবা, মদু মহাকনা উইল তৌদুনা পীরমলবদি মপা মমা অমসুং অনকপা মরী-মতাশিংদা অচুম্বা মওংদা, (মসি) তঙাইফদবনি ধর্ম্ম কায়দবশিংগী মথক্তা।

كُتِبَ عَلَيْكُمْ إِذَا حَضَرَ أَحَدَكُمُ الْمَوْتُ إِن تَرَكَ خَيْرًا الْوَصِيَّةُ لِلْوَالِدَيْنِ وَالْأَقْرَبِينَ بِالْمَعْرُوفِ ۖ حَقًّا عَلَى الْمُتَّقِينَ ﴿١٨٠﴾

১৮২। উইল তৌরম্বদু কনাগুম্বনা তাখ্রবা মতুংদা মদু ওন্থোক-ওনশিন তৌরবদি, মদুগী পাপ থক-খা ওল্লিবা মীশিংগী মথক্তনি। তশেংবমক, অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

فَمَن بَدَّلَهُ بَعْدَمَا سَمِعَهُ فَإِنَّمَا إِثْمُهُ عَلَى الَّذِينَ يُبَدِّلُونَهُ ۚ إِنَّ اللَّهَ سَمِيعٌ عَلِيمٌ ﴿١٨١﴾

১৮৩। তৌইগুম্বসুং উইল তৌরম্বা মী অদুগী মীচং-মীখায় নাইবা নত্ত্রগা অরানবা কনাগুম্বনা খঙলবদি অমসুং মখোইবু তাইশিন্নবিরবদি, মহাক্কী মথক্তা করিসু পাপ লৈতে। তশেংবমক অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

فَمَنْ خَافَ مِنْ مُّوْصٍ جَنَفًا اَوْ اِثْمًا فَاَصْلَحَ بَيْنَهُمْ فَلَآ اِثْمَ عَلَيْهِ ۭ اِنَّ اللّٰهَ غَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ

২৩ শুবা রুকূ

১৮৪। হে অচুম্বা থাজরবশিং! রোজহ (চরা হেনবা) য়াথংনবিখ্রে নখোইগীদমক্তা, মদু য়াথংনবিখিবগুম্না নখোইগী নমাংদা লৈরম্বশিংদা, অদুনা নখোই ওইরক্কবা অচুম্বা চৎপা।

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا كُتِبَ عَلَيْكُمُ الصِّيَامُ كَمَا كُتِبَ عَلَى الَّذِيْنَ مِنْ قَبْلِكُمْ لَعَلَّكُمْ تَتَّقُوْنَ

১৮৫। (লেপখিবা রোজহদু) অরেপ্পা নুমিৎ মশিং খরগীদমকনি। তৌইগুম্বসুং নখোইগী মরক্তা কনাগুম্বনা না-য়েক্লবা নত্ত্রগা লংফৈ চখোকলবদি, মহাক রোজহ তৌগদবনি নুমিৎ মশিংদুগা মান্ননা। অদুগা কনাগুম্বনা রোজহ তৌবদা ৱানা থোকলবদি থাদোকমল পীগদবনিঃ লাইরবা অনংবা মী অমা (রোজহ নুমিৎ খুদিংগী) চাক পিজগদবনি। মরম অদুনা কনা-গুম্বনা মথন্তা নীংজদুনা অফবা (থবক) তৌরবদি, মহাক্কী হেন্না অফবনি। অদুগা নখোইনা (ওম্বমখে হোৎনদুনা) রোজহ তৌরবদি নখোইগী অফবনি, নখোইনা করিগুম্বা খঙলবদি।

اَيَّامًا مَّعْدُوْدٰتٍ ۭ فَمَنْ كَانَ مِنْكُمْ مَّرِيْضًا اَوْ عَلٰي سَفَرٍ فَعِدَّةٌ مِّنْ اَيَّامٍ اُخَرَ ۭ وَعَلَي الَّذِيْنَ يُطِيْقُوْنَهٗ فِدْيَةٌ طَعَامُ مِسْكِيْنٍ ۭ فَمَنْ تَطَوَّعَ خَيْرًا فَهُوَ خَيْرٌ لَّهٗ ۭ وَاَنْ تَصُوْمُوْا خَيْرٌ لَّكُمْ اِنْ كُنْتُمْ تَعْلَمُوْنَ

১৮৬। 'রমজান' থাগী থানুংদা থাবিরকখি কুরআন, (মসি) লমজিংনি মীওইবা জাতিগী লোয়ননা তশেংবা লমজিংগী খুদমশিংগা অমসুং (অচুম-অরানগী) চাং য়েংনবা খুদমগা। মরম অদুনা নখোই কনাগুম্বনা লৈরবদি (নয়ুম-নয়ুমদা) থাজা অসিদা রোজহ তৌগদবনি। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা নারবদি নত্ত্রগা লংফৈ চখোকলবদি (ওমহন্দবা মরম অদু কোকখিবগা) রোজহ

شَهْرُ رَمَضَانَ الَّذِيْٓ اُنْزِلَ فِيْهِ الْقُرْاٰنُ هُدًى لِّلنَّاسِ وَبَيِّنٰتٍ مِّنَ الْهُدٰى وَالْفُرْقَانِ ۚ فَمَنْ شَهِدَ مِنْكُمُ الشَّهْرَ فَلْيَصُمْهُ ۭ وَمَنْ كَانَ مَرِيْضًا اَوْ عَلٰي سَفَرٍ فَعِدَّةٌ مِّنْ اَيَّامٍ اُخَرَ ۭ يُرِيْدُ اللّٰهُ بِكُمُ

الْيُسْرَ وَلَا يُرِيدُ بِكُمُ الْعُسْرَ وَلِتُكْمِلُوا الْعِدَّةَ وَلِتُكَبِّرُوا اللَّهَ عَلَىٰ مَا هَدَاكُمْ وَلَعَلَّكُمْ تَشْكُرُونَ ﴿١٨٥﴾

তৌগদবনি নুমিৎ মশিংদুগা মান্ননা। অল্লাহনা পামই নখোইগী নুংঙাইনবতা অমসুং অরাবা নম্বোহন্নীংদে নখোইবু, অদুনা নখোই পুরা তৌগদবনি নুমিৎ মশিংদু অমসুং নখোইনা শৈশক্কদবনি অল্লাহগী মতিক মঙাল অচৌবা নখোইবু লমজিংবিবগী দমক অমসুং নখোইনা উৎকদবনি তৌবিমল খঙবসু।

وَإِذَا سَأَلَكَ عِبَادِي عَنِّي فَإِنِّي قَرِيبٌ ۖ أُجِيبُ دَعْوَةَ الدَّاعِ إِذَا دَعَانِ ۖ فَلْيَسْتَجِيبُوا لِي وَلْيُؤْمِنُوا بِي لَعَلَّهُمْ يَرْشُدُونَ ﴿١٨٦﴾

১৮৭। অদুগা ঐগী ইনাইশিংনা নংঙোন্দা ঋা হংলবা মতমদা ঐগী মরমদা, হায়য়ু ঃ ঐ নক্না লৈ: ঐনা পাওখুম্মি কনাগুম্বা হায়জ-নীজবনা নীজরকপদা ঐঙোন্দা। মরম অদুনা মখোইনা (মতম-পুম্বদা) তাগদবনি ঐনা কৌবদা অমসুং থাজগদবনি ঐবু, অদুনা মখোইনা লম্বীনবা অচুম্বা লম্বী।

أُحِلَّ لَكُمْ لَيْلَةَ الصِّيَامِ الرَّفَثُ إِلَىٰ نِسَائِكُمْ ۚ هُنَّ لِبَاسٌ لَكُمْ وَأَنْتُمْ لِبَاسٌ لَهُنَّ ۗ عَلِمَ اللَّهُ أَنَّكُمْ كُنْتُمْ تَخْتَانُونَ أَنْفُسَكُمْ فَتَابَ عَلَيْكُمْ وَعَفَا عَنْكُمْ ۖ فَالْآنَ بَاشِرُوهُنَّ وَابْتَغُوا مَا كَتَبَ اللَّهُ لَكُمْ ۚ وَكُلُوا وَاشْرَبُوا حَتَّىٰ يَتَبَيَّنَ لَكُمُ الْخَيْطُ الْأَبْيَضُ مِنَ الْخَيْطِ الْأَسْوَدِ مِنَ الْفَجْرِ ۖ ثُمَّ أَتِمُّوا الصِّيَامَ إِلَى اللَّيْلِ ۚ وَلَا تُبَاشِرُوهُنَّ وَأَنْتُمْ عَاكِفُونَ فِي الْمَسَاجِدِ ۗ تِلْكَ حُدُودُ اللَّهِ فَلَا تَقْرَبُوهَا ۗ كَذَٰلِكَ يُبَيِّنُ اللَّهُ آيَاتِهِ لِلنَّاسِ لَعَلَّهُمْ يَتَّقُونَ ﴿١٨٧﴾

১৮৮। নখোইনা নাওচন লীলা শান্নবা য়াই নখোইগী নতালোইশিংগা রোজহগী অহিংদা। মখোই নখোইগী পোশাকনি অমসুং নখোইসু মখোইগী পোশাকনি। অল্লাহনা খঙই নখোই নশানা অরানবা খোঙফম্নহনজরে নশামকপু, মরম অদুনা মহাকনা চানবিখ্রে নখোইবু ঙাকপিবগা লোয়ননা অমসুং পীবিরে নখোইবু নুংঙাইবা। মরম অদুনা হৌজিক নখোই শম্নবা য়ারে মখোইগা অমসুং থিয়ু (নুংঙাইবা) অল্লাহনা ময়াথং পীখিবদু নখোইগীদমক্তা; অদুগা চাও অমসুং থকও নোংঙাল্লমদাইগী অঙৌবা (লৈচিনগী) লংজা অমম্বদগী ফাওরক্তরিবা ফাওবা, মতমদুদগী রোজহ তৌ নুমিৎ তাদরিবা ফাওবা অমসুং চঙলুগনু মখোইদা নখোইনা মসজিদশিংগী মনুংদা চিক্না ফমদুনা লাইনীং-লিঙৌদা। পুম্নমকসি ঙমখৈনি অল্লাহগী (হুকুমগী), মরমদুনা নকশিল্লুগনু মখোইদা। অসুম্না অল্লাহনা তশেংনা খঙহল্লি মহাক্কী পাওজেনশিং মীশিংদা অদুনা মখোই মশানা ঙাকচনবা ফত্তবদগী।

وَلَا تَأْكُلُوٓا أَمْوَالَكُم بَيْنَكُم بِالْبَاطِلِ وَتُدْلُوا بِهَآ إِلَى الْحُكَّامِ لِتَأْكُلُوا فَرِيقًا مِّنْ أَمْوَالِ النَّاسِ بِالْإِثْمِ وَأَنتُمْ تَعْلَمُونَ ١٨٨

১৮৯। অদুগা চাগনু নখোইগী লন-থুম নখোই মশেলগী মরক্তা অরানবা পাম্বৈ শীজন্নদুনা অমসুং পীগনু মদু (শেনজা-থুমজা ওইনা) শক্তি পায়রিবা অঙম্বশিংদা অদুনা নখোইনা য়োংশন্নবা শরুক অমা অতোপ্পা মীশিংগী লন-থুমগী তৌফম থোক্তবদা নখোইনা খঙনা-খঙনা।

২৪ শুবা রুকূ

يَسْـَٔلُونَكَ عَنِ الْأَهِلَّةِ ۖ قُلْ هِيَ مَوَاقِيتُ لِلنَّاسِ وَالْحَجِّ ۗ وَلَيْسَ الْبِرُّ بِأَن تَأْتُوا الْبُيُوتَ مِن ظُهُورِهَا وَلَٰكِنَّ الْبِرَّ مَنِ اتَّقَىٰ ۗ وَأْتُوا الْبُيُوتَ مِنْ أَبْوَابِهَا ۚ وَاتَّقُوا اللَّهَ لَعَلَّكُمْ تُفْلِحُونَ ١٨٩

১৯০। মখোইনা না হংলি নংঙোন্দা থাসিগী মরমদা। হায়যু ঃ মসি (খুদমনি) মতম খঙনবগী মীশিংগী (থবক তৌনবগী) অমসুং হজ্জ (তৌনব)গী। অদুগা নখোইনা নয়ুমশিংদা লাকপদা মনিং থোংদা চঙবসি ধর্ম্ম লৈবগী মতৌ নত্তে, তৌইগুম্বসুং ধর্ম্ম লৈবা হায়বদি (অল্লাহদা) তৌগদবা মথৌ কায়দনা তৌবা অদুবুনি। মরমদুনা নখোই নয়ুমশিংদা লাকপদা চঙফম থোংশিংদা চঙু অমসুং অল্লাহবু কিয়ু, অদুতদা নখোই চাওখৎকনি।

وَقَاتِلُوا فِي سَبِيلِ اللَّهِ الَّذِينَ يُقَاتِلُونَكُمْ وَلَا تَعْتَدُوٓا ۚ إِنَّ اللَّهَ لَا يُحِبُّ الْمُعْتَدِينَ ١٩٠

১৯১। অদুগা লান থেংনৌ অল্লাহগী লম্বীদা মায়োক্লদুনা নখোইদা লালাউ লানশীংনবা হৌরকপা মীশিংগা তৌইগুম্বসুং লানহৌবদি তৌগনু। তশেংবমক অল্লাহনা নুংশিবিদে লানহৌবশিংবু।

وَاقْتُلُوهُمْ حَيْثُ ثَقِفْتُمُوهُمْ وَأَخْرِجُوهُم مِّنْ حَيْثُ أَخْرَجُوكُمْ ۚ وَالْفِتْنَةُ أَشَدُّ مِنَ الْقَتْلِ ۚ وَلَا تُقَاتِلُوهُمْ عِندَ الْمَسْجِدِ الْحَرَامِ حَتَّىٰ يُقَاتِلُوكُمْ فِيهِ ۖ فَإِن قَاتَلُوكُمْ فَاقْتُلُوهُمْ ۗ كَذَٰلِكَ جَزَآءُ الْكَافِرِينَ ١٩١

১৯২। অদুগা হাৎলু (লান হৌবশিং) মখোইবু নখোইনা উবা-উবা মফমদা (লানগী চৈনুংদা) অমসুং তাথোকও মখোইবু—মখোইনা নখোইবু তান্থোকখিবা মফমদগী, অমসুং ঈরাং হৌদুনা (ধর্ম্মদা) ওৎ-নৈবনা হেন্না ফত্তে তোরা-তুনা হাৎপদগী। তৌইগুম্বসুং লড়াই তৌনগনু মখোইগা অশেংবা মসজিদকী মনাক্তা মখোইনা লড়াই হৌরক্তরিবা ফাওবা মফম অদুদা। তৌইগুম্বসুং মখোইনা (মফম অদুদা হান্না) লান হৌরকলবদি, লান থেংনৌ মখোইবু। অসিগুম্বনি লমল খুম্বা হায়বদু লম হেন্দোকপা মীশিংগী মথক্তা।

১৯৩। তৌইগুম্বসুং মখোইনা (লান) লেপখ্রবদি, মতাং অদুদা তশেংনমক অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

فَإِنِ انْتَهَوْا فَإِنَّ اللّٰهَ غَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ﴿١٩٢﴾

১৯৪। অদুগা লান থেংনৌ মখোইগা ঈরাং হৌদুনা (ধর্ম্মদা) ওৎ-নৈবা নেমদ্রিবা ফাওবা, অমসুং ধর্ম্মদি খাস অল্লাহগীদমকনি। তৌইগুম্বসুং মখোইনা (ওৎ-নৈবা) লেপখ্রবদি, য়েংথীবা তৌরোইদবনি (মখোইবু) ওৎ-নৈবশিংগী মথক্তা নত্তনা।

وَقٰتِلُوْهُمْ حَتّٰى لَا تَكُوْنَ فِتْنَةٌ وَّيَكُوْنَ الدِّيْنُ لِلّٰهِ ۖ
فَإِنِ انْتَهَوْا فَلَا عُدْوَانَ إِلَّا عَلَى الظّٰلِمِيْنَ ﴿١٩٣﴾

১৯৫। অশেংবা থাজাবু (থুগায়রবদি) অশেংবা থাজাদা (লমল খুমগদবনি), অমসুং অশেংবা পোৎ পুম্নমক্কী (আইন লৈ) লমল খুম্মবগী। মরম অসিনা কনাগুম্বনা কা হেনজিল্লকলবদি নখোইদা, কা হেনবা থবক তৌ মণ্ডোন্দা, মহাকনা কা হেনজিল্লকখিবগুম নখোইদা। অদুগা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং খঙউ অল্লাহনা (মতম-পুম্বদা) ইলোয়-লোয়নবি ধর্ম্ম কায়দবশিংগা।

اَلشَّهْرُ الْحَرَامُ بِالشَّهْرِ الْحَرَامِ وَالْحُرُمٰتُ قِصَاصٌ ۚ
فَمَنِ اعْتَدٰى عَلَيْكُمْ فَاعْتَدُوْا عَلَيْهِ بِمِثْلِ مَا اعْتَدٰى
عَلَيْكُمْ ۖ وَاتَّقُوا اللّٰهَ وَاعْلَمُوْٓا أَنَّ اللّٰهَ مَعَ الْمُتَّقِيْنَ ﴿١٩٤﴾

১৯৬। অদুগা খরচ তৌ (নরন-নথুম) অল্লাহগী লম্বীদা, তৌইগুম্বসুং নখুৎশিংনা শীনগনু নশা মাঙনবদি, অমসুং অফবা তৌ (মীশিংগী কান্ননবগী); তশেংবমক অল্লাহনা নুংশিবি অফবা খানবশিংবু (অতোপ্পদা)।

وَأَنْفِقُوْا فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ وَلَا تُلْقُوْا بِأَيْدِيْكُمْ إِلَى التَّهْلُكَةِ ۛ
وَأَحْسِنُوْا ۛ إِنَّ اللّٰهَ يُحِبُّ الْمُحْسِنِيْنَ ﴿١٩٥﴾

১৯৭। অদুগা পাংথোকও হজ্জ অমসুং উমরহ অল্লাহগীদমক্তা। তৌইগুম্বসুং (অনাবনা নত্রগা য়েক্লবনা) থিংলবদি নখোইবু, থাও নখোইনা লাইনা ফংবা (কুরবানী অমা), তৌইগুম্বসুং লুদি কোক্কনু, কুরবানী (গী শা অদু) না য়ৌদরিবা ফাওবা মাগী লমথুংফম। অদুগা নখোই কনাগুম্বনা নারবদি নত্রগা কোক্তা অনাবা লৈরবদি, (লু কোকপগী মহুত্তা) মহাক প্রায়শ্চিত্ত তৌবা তাই—হায়বদি রোজহ তৌ নত্রগা 'সদকহ' (দান) পী-থোকও নত্রগা কুরবানী কৎলু। তৌইগুম্বসুং নখোই খুদোংথীবা লৈতরবা মতমদা, কনাগুম্বনা

وَأَتِمُّوا الْحَجَّ وَالْعُمْرَةَ لِلّٰهِ ۚ فَإِنْ أُحْصِرْتُمْ فَمَا اسْتَيْسَرَ
مِنَ الْهَدْيِ ۖ وَلَا تَحْلِقُوْا رُءُوْسَكُمْ حَتّٰى يَبْلُغَ الْهَدْيُ
مَحِلَّهٗ ۚ فَمَنْ كَانَ مِنْكُمْ مَّرِيْضًا أَوْ بِهٖٓ أَذًى مِّنْ رَّأْسِهٖ
فَفِدْيَةٌ مِّنْ صِيَامٍ أَوْ صَدَقَةٍ أَوْ نُسُكٍ ۚ فَإِذَآ أَمِنْتُمْ ۗ
فَمَنْ تَمَتَّعَ بِالْعُمْرَةِ إِلَى الْحَجِّ فَمَا اسْتَيْسَرَ مِنَ
الْهَدْيِ ۚ فَمَنْ لَّمْ يَجِدْ فَصِيَامُ ثَلٰثَةِ أَيَّامٍ فِي الْحَجِّ

হজ্জ অমসুং উমরহ পুন্না তৌনীংলবদি, কৎলু লাইনা ফংবা কুরবানী অমা। করিগুম্বা কুরবানী (গী শা) ফংদ্রবদি রোজহ তৌ নুমিৎ হুমনি হজ্জ মনুংদা অমসুং তরেৎনি নয়ুমদা হল্লকলগা— হায়বদি তরানি পুরা (রোজহ তৌ)। মসি অসিগুম্বা মীওইগীনি মহাক্কী ইমুংগা লোয়ননা ময়ুম লৈতবা মসজিদ অশেংবগী মনাক্তা। অদুগা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং খঙ্ঙু অল্লাহদি শাথীবনি লমল খুম্বদা।

وَسَبْعَةٍ إِذَا رَجَعْتُمْ ۗ تِلْكَ عَشَرَةٌ كَامِلَةٌ ۗ ذَٰلِكَ لِمَن لَّمْ يَكُنْ أَهْلُهُ حَاضِرِي الْمَسْجِدِ الْحَرَامِ ۚ وَاتَّقُوا اللَّهَ وَاعْلَمُوا أَنَّ اللَّهَ شَدِيدُ الْعِقَابِ ﴿١٩٦﴾

## ২৫ শুবা রুকূ

১৯৮। হজ্জ তৌবগী থাশিংদি (মীয়াম্না) ইখঙ-খঙনরবনি৮ মরম অদুনা কনাগুম্বনা হজ্জ তৌগে নীংলবদি থাশিং অসিগী মনুংদা খোনচোপ ঙাঙ-শকলোইদবনি নত্তগা লমহেনবা তৌরোইদবনি নত্তগা খৎন-চৈনরোইদবনি হজ্জ চৎলিঙৈগী চৈনুংদা। অদুগা নখোইনা তৌবা খিবিক অল্লাহনা খঙই। অদুগা লোয়নশেম্মু নশাগী (দরকার ওইবা) থৌরাং চেংজেন, খ্বাইদগী হেন্না ফবা থৌরাং চেংজেনদি ধর্ম্ম লৈবনি ঃ অমসুং ঐ(ত)বু কিয়ু, হে জ্ঞান চৈরোইনবা মীশিং!

الْحَجُّ أَشْهُرٌ مَّعْلُومَاتٌ ۚ فَمَن فَرَضَ فِيهِنَّ الْحَجَّ فَلَا رَفَثَ وَلَا فُسُوقَ وَلَا جِدَالَ فِي الْحَجِّ ۗ وَمَا تَفْعَلُوا مِنْ خَيْرٍ يَعْلَمْهُ اللَّهُ ۗ وَتَزَوَّدُوا فَإِنَّ خَيْرَ الزَّادِ التَّقْوَىٰ ۚ وَاتَّقُونِ يَا أُولِي الْأَلْبَابِ ﴿١٩٧﴾

১৯৯। দোশ করিসু লৈতে নখোইনা খরচ থিজবদা নখোইগী মপুদগী। মরম অদুনা নখোইনা 'অরফাত'দগী থোরকলগা নীংশিঙ্ঙু মশ'অর অল-হরাম মনাক্তা অল্লাহবু; অমসুং নীংশিঙ্ঙু মহাকপু মহাকনা লমজিংবিখিবগী নখোইবু; মসিগী মমাংদা নখোই ওইরমলগসু লম্মুক্কবশিং

لَيْسَ عَلَيْكُمْ جُنَاحٌ أَن تَبْتَغُوا فَضْلًا مِّن رَّبِّكُمْ ۚ فَإِذَا أَفَضْتُم مِّنْ عَرَفَاتٍ فَاذْكُرُوا اللَّهَ عِندَ الْمَشْعَرِ الْحَرَامِ ۖ وَاذْكُرُوهُ كَمَا هَدَاكُمْ وَإِن كُنتُم مِّن قَبْلِهِ لَمِنَ الضَّالِّينَ ﴿١٩٨﴾

২০০। মসিগী মতুংদা মীয়াম্না হন্দুনা চৎফমদগী নখোইসু হন্দুনা চৎলু অমসুং হায়জ-চৎচা তৌজৌ অল্লাহদা (নপাপ) কোকপিনবগী। থাঙ্গেশেংবমক, অল্লাহদি যোনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

ثُمَّ أَفِيضُوا مِنْ حَيْثُ أَفَاضَ النَّاسُ وَاسْتَغْفِرُوا اللَّهَ ۚ إِنَّ اللَّهَ غَفُورٌ رَّحِيمٌ ﴿١٩٩﴾

২০১। অদুগা নখোইনা পাংথোকলবা মতমদা হজ্জগী নিয়মশিং, থাগৎচৌ অল্লাহবু নখোইনা নপা-নপুশিংবু থাগৎপদগী হেন্না থোইনা। তৌইগুম্বসুং মী খরা লৈ, মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইগী মপুও ! পীনবিয়ু ঐখোইদা (অফবতা) সংসার অসিদা ; অসিগুম্বা মীওইসে ফংলরোই শরুক করিমতা শিরবা মতুংগী পুন্সিদা।

فَإِذَا قَضَيْتُم مَّنَاسِكَكُمْ فَاذْكُرُوا اللَّهَ كَذِكْرِكُمْ آبَاءَكُمْ أَوْ أَشَدَّ ذِكْرًا ۗ فَمِنَ النَّاسِ مَن يَقُولُ رَبَّنَا آتِنَا فِي الدُّنْيَا وَمَا لَهُ فِي الْآخِرَةِ مِنْ خَلَاقٍ ﴿200﴾

২০২। অদুগা মখোইগী মরক্তা মী খরা লৈ মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইগী মপুও ! পীনবিয়ু ঐখোইদা অফবা সংসার অসিদা অমসুং অফবা শিরবা মতুংগী পুন্সিদা ; অমসুং ঙাকপিয়ু ঐখোইবু খাম্বি মৈগী অৱাফমদগী।"

وَمِنْهُم مَّن يَقُولُ رَبَّنَا آتِنَا فِي الدُّنْيَا حَسَنَةً وَفِي الْآخِرَةِ حَسَنَةً وَقِنَا عَذَابَ النَّارِ ﴿201﴾

২০৩। মখোইসি (অফবা) শরুক তম্বিগনি মরমদি মখোইনা কমায়খিবগী মতুংইন্না ; অমসুং অল্লাহদি থুবনি হিসাব লৌবদা।

أُولَٰئِكَ لَهُمْ نَصِيبٌ مِّمَّا كَسَبُوا ۚ وَاللَّهُ سَرِيعُ الْحِسَابِ ﴿202﴾

২০৪। অদুগা নীংশিঙঙু অল্লাহবু লেপখিবা নুমিৎশিংদা। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা নুমিৎ নিনিদা থাদোকলবসু পাপ নত্তে, অমসুং কনাগুম্বনা লৈহৌরগসু পাপ নত্তে, ধর্ম্ম-ফম্বৈনবা মীগী-দমক্তা। অদুগা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং খঙঙু নখোইবু পুল্লপ্পা খোমজিনবিগনি মঙোন্দা।

وَاذْكُرُوا اللَّهَ فِي أَيَّامٍ مَّعْدُودَاتٍ ۚ فَمَن تَعَجَّلَ فِي يَوْمَيْنِ فَلَا إِثْمَ عَلَيْهِ وَمَن تَأَخَّرَ فَلَا إِثْمَ عَلَيْهِ ۚ لِمَنِ اتَّقَىٰ ۗ وَاتَّقُوا اللَّهَ وَاعْلَمُوا أَنَّكُمْ إِلَيْهِ تُحْشَرُونَ ﴿203﴾

২০৫। অদুগা মীওইবশিংগী মরক্তা অসিগুম্বা মীতা লৈ মহাকনা তাইবঙ-পুন্সিগী মরমদা ৱারী-ৱাতাই শাবদা নংবু পেলহনগনি অমসুং মহাকনা মপুকল্লিংদা খল্লিবদুগী সাক্ষী অল্লাহদা হেক পীশিল্লি, তৌইগুম্বসুং মহাক্তি খুইদগী হেন্না নাত্তে চাদবা খৎনগনবনি।

وَمِنَ النَّاسِ مَن يُعْجِبُكَ قَوْلُهُ فِي الْحَيَاةِ الدُّنْيَا وَيُشْهِدُ اللَّهَ عَلَىٰ مَا فِي قَلْبِهِ وَهُوَ أَلَدُّ الْخِصَامِ ﴿204﴾

২০৬। অদুগা মহাকনা হায়বা ইলহল্লবগী শক্তি পায়রিঙেদা, মহাকনা হোৎনৈ লৈবাক্তা ফত্তবা থোকহল্লবগী অমসুং মাঙ-তাকহল্লবগী (লৌবুক্কী) মহৈ মরোংশিং অমসুং ধারা-নালা (মীওইবগী) ; তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা নুংশিবিদে ফত্তবা ঈরাং তৌববু।

وَإِذَا تَوَلَّىٰ سَعَىٰ فِي الْأَرْضِ لِيُفْسِدَ فِيهَا وَيُهْلِكَ الْحَرْثَ وَالنَّسْلَ ۗ وَاللَّهُ لَا يُحِبُّ الْفَسَادَ ﴿205﴾

২০৭। অদুগা মঙোন্দা "অল্লাহবু কিয়ু" (মহাকনা তৌবা থবক্কী) হায়বা মতমদা, নাপলনা থৌজল্লি মহাকপু পাপদা (হেন্নদুম)। মরম অদুনা মহাকপু য্রাখৈফম থোকই নরকদা; অমসুং মদু ফত্তবা য়াতুংফমনি।

وَإِذَا قِيلَ لَهُ اتَّقِ اللَّهَ أَخَذَتْهُ الْعِزَّةُ بِالْإِثْمِ ۚ فَحَسْبُهُ جَهَنَّمُ ۚ وَلَبِئْسَ الْمِهَادُ ﴿٢٠٦﴾

২০৮। অদুগা মীশিংগী মরক্তা অসিগুম্বা মীওইসু লৈ, মহাকনা য়োন্থোকই মথৱাই (ফাওবা) ফংনবা হোৎনবগী অল্লাহগী য়াবিবা। অদুগা অল্লাহদি মীনুংশি চাওবনি মনাইশিংদা।

وَمِنَ النَّاسِ مَنْ يَشْرِي نَفْسَهُ ابْتِغَاءَ مَرْضَاتِ اللَّهِ ۗ وَاللَّهُ رَءُوفٌ بِالْعِبَادِ ﴿٢٠٧﴾

২০৯। হে অচুম্বা থাজবশিং ! চঙ্ঙু ইসলামদা পুরা ওইনা অমসুং ইনগনু খোঙ্গুল শৈতানগী। থাঙ্গে-শেংবমক, মহাক্তি নখোইগী অফোংবা য়েক্লবনি।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا ادْخُلُوا فِي السِّلْمِ كَافَّةً وَلَا تَتَّبِعُوا خُطُوَاتِ الشَّيْطَانِ ۚ إِنَّهُ لَكُمْ عَدُوٌّ مُبِينٌ ﴿٢٠٨﴾

২১০। তৌইগুম্বসুং নখোইনা নাংথুরবদি (নীতি অমসুং থাজবদা) তশেংবা খুদমশিং নখোইদা লাকখ্রবা মতুংদা, মতাং অদুদা খঙ্ঙু অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

فَإِنْ زَلَلْتُمْ مِنْ بَعْدِ مَا جَاءَتْكُمُ الْبَيِّنَاتُ فَاعْلَمُوا أَنَّ اللَّهَ عَزِيزٌ حَكِيمٌ ﴿٢٠٩﴾

২১১। মখোইনা করিসু নত্তবদা অসুম ঙাইব্রা অল্লাহনা লেঙলকপা মখোইদা (কোরৌ নোং-মদোলগী) লৈচিন লৈরোন্দা লোয়ননা ফরিশত-হশিংগা, অমসুং য্রা লোয়থোকপা ? অদুগা অল্লাহদা থবক পুম্নমক্কী হনজনফমনি।

هَلْ يَنْظُرُونَ إِلَّا أَنْ يَأْتِيَهُمُ اللَّهُ فِي ظُلَلٍ مِنَ الْغَمَامِ وَالْمَلَائِكَةُ وَقُضِيَ الْأَمْرُ ۚ وَإِلَى اللَّهِ تُرْجَعُ الْأُمُورُ ﴿٢١٠﴾

২৫ ع ٩

২৬ শুবা রুকূ

২১২। হংঙু ইস্রাইল মচাশিংদা ঐখোইনা তশেংবা খুদম কয়া পীখ্রবা মখোইদা। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা ওন্থোক ওনশিন তৌরবদি অল্লাহগী থৌজাল লাকখ্রবা মতুংদা মঙোন্দা, মতমদুদা অল্লাহদি শাথীবনি লমন শিংবদা (তৌঙম্বা মীশিংদা)।

سَلْ بَنِي إِسْرَائِيلَ كَمْ آتَيْنَاهُمْ مِنْ آيَةٍ بَيِّنَةٍ ۗ وَمَنْ يُبَدِّلْ نِعْمَةَ اللَّهِ مِنْ بَعْدِ مَا جَاءَتْهُ فَإِنَّ اللَّهَ شَدِيدُ الْعِقَابِ ﴿٢١١﴾

২১৩। তাইবঙ পুন্সিসে ফজবা ওইনা উহনবি ধৰ্ম্ম চত্তবশিংদা, অমসুং মখোইনা নোকনৈ অচুম্বা থাজবশিংবু। তৌইগুম্বসুং অল্লাহবু কিবশিংনা মথক থোংগনি মখোইগী কিয়ামত নুমিত্তা অদুগা

زُيِّنَ لِلَّذِينَ كَفَرُوا الْحَيَاةُ الدُّنْيَا وَيَسْخَرُونَ مِنَ الَّذِينَ آمَنُوا ۘ وَالَّذِينَ اتَّقَوْا فَوْقَهُمْ يَوْمَ الْقِيَامَةِ ۗ

الربع

وَاللّٰهُ يَرْزُقُ مَنْ يَّشَآءُ بِغَيْرِ حِسَابٍ ﴿٢١٢﴾

অল্লাহনা পীবি (মহাক্কী থৌজাল) মহাকনা চানবিবা অমদা চাং কক্তনা।

كَانَ النَّاسُ اُمَّةً وَّاحِدَةً ۗ فَبَعَثَ اللّٰهُ النَّبِيّٖنَ مُبَشِّرِيْنَ وَمُنْذِرِيْنَ ۖ وَاَنْزَلَ مَعَهُمُ الْكِتٰبَ بِالْحَقِّ لِيَحْكُمَ بَيْنَ النَّاسِ فِيْمَا اخْتَلَفُوْا فِيْهِ ۗ وَمَا اخْتَلَفَ فِيْهِ اِلَّا الَّذِيْنَ اُوْتُوْهُ مِنْۢ بَعْدِ مَا جَآءَتْهُمُ الْبَيِّنٰتُ بَغْيًاۢ بَيْنَهُمْ ۚ فَهَدَى اللّٰهُ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا لِمَا اخْتَلَفُوْا فِيْهِ مِنَ الْحَقِّ بِاِذْنِهٖ ۗ وَاللّٰهُ يَهْدِيْ مَنْ يَّشَآءُ اِلٰى صِرَاطٍ مُّسْتَقِيْمٍ ﴿٢١٣﴾

২১৪। মীওইবা জাতিসে (অহানবদা) শীংলুপ অমতা ওইরম্মী। মরম অদুনা অল্লাহনা থাবিরকখি (কাঙলুপ খুদিংমক্তা) নবীশিং হরাওবা পাও পুবা ওইনা অমসুং চেকশন-রা-হায়বা ওইনা, অমসুং মহাকনা থাবিরকখি মখোইদা কিতাবসু অচুম্বগা লোয়ননা, অদুনা মহাকনা রায়েল বিচার তৌনবা মীশিংগী মরক্তা মখোইনা মত খেন্নরিবা রারমদু। তৌহিগুম্বসুং মত মান্নদবা কনামতা লৈখিদে মদুগী মরমদা কিতাব পীখিবা মীশিংদু নত্তনা মখোইদা তশেংবা খুদমশিং লাকখ্রবা মতুংদা, মখোই মশেল অমগা অমগা কল্লক-খম্বন্নদুনা। মরম অদুনা অল্লাহনা, মহাক্কী ময়াথংনা, লমজিংবিখি থাজবশিংবু অচুম্বা (লম্বী) দা মদুগী মরমদা (লমফৈ-খেঙফন্নবশিং) মখোইনা (হান্না) য়ানরমদ্রবসু। অদুগা অল্লাহনা লমজিংবি মহাকনা অচানশিংবু অচুম্বা লম্বীদা।

اَمْ حَسِبْتُمْ اَنْ تَدْخُلُوا الْجَنَّةَ وَلَمَّا يَاْتِكُمْ مَّثَلُ الَّذِيْنَ خَلَوْا مِنْ قَبْلِكُمْ ۗ مَسَّتْهُمُ الْبَاْسَآءُ وَالضَّرَّآءُ وَزُلْزِلُوْا حَتّٰى يَقُوْلَ الرَّسُوْلُ وَالَّذِيْنَ اٰمَنُوْا مَعَهٗ مَتٰى نَصْرُ اللّٰهِ ۗ اَلَآ اِنَّ نَصْرَ اللّٰهِ قَرِيْبٌ ﴿٢١٤﴾

২১৫। নত্তগা নখোইনা নীংব্রা নখোই হেক্তমক চঙলগনি হায়না স্বর্গ লৈকোন্নুংদা, নখোইদা থোক্তরিঙেদা নখোইগী নমাংদা হৌখিবশিংগী মথক্তা থোকখিবা ফিবমদু? শাথীনা নংবা অমসুং অরা-অনা (কয়া) থোমজিনখি মখোইদা অমসুং অকনবা পাঙ্গলনা নৈখায়বিখি মখোইবু অসি য়ৌবফাওবা মদুদি (ঐগী) রসুল অমসুং মহাক্কা লোয়ননা অচুম্বা থাজখিবশিংনা হায়খি: "করম্বা মতমদা লাক্কনি অল্লাহগী মতেং"? য়েংউ, তশেংবমক অল্লাহগী মতেংদি নক্কবনি।

يَسْـَٔلُوْنَكَ مَاذَا يُنْفِقُوْنَ ۗ قُلْ مَآ اَنْفَقْتُمْ مِّنْ خَيْرٍ فَلِلْوَالِدَيْنِ وَالْاَقْرَبِيْنَ وَالْيَتٰمٰى وَالْمَسٰكِيْنِ

২১৬। মখোইনা হংলি নংঙোন্দা মখোইনা করি খরচ তৌগনি। হায়য়ু (মখোইদা): "নখোইনা খরচ তৌবা অফবা অমসুং মরাংকায়বা নরন-নথুম-পুম্বা (লৈহন্দনবগীনি খুদোংথীবা) নপা নমাগী অমসুং অনকপা মরী-মতাশিংগী অমসুং

وَابْنِ السَّبِيْلِ ۗ وَمَا تَفْعَلُوْا مِنْ خَيْرٍ فَاِنَّ اللّٰهَ بِهٖ عَلِيْمٌ ﴿٢١٦﴾

পীতৎ-পাতৎপা মচাশিংগী অমসুং অরা-অনং-বশিংগী অমসুং লম্ কোয়বা মীশিংগী। অদুগা নখোইনা তৌবা অফবমখৈ অল্লাহনা তশেংবমক খঙবনি।

كُتِبَ عَلَيْكُمُ الْقِتَالُ وَهُوَ كُرْهٌ لَّكُمْ ۚ وَعَسٰٓى اَنْ تَكْرَهُوْا شَيْئًا وَّهُوَ خَيْرٌ لَّكُمْ ۚ وَعَسٰٓى اَنْ تُحِبُّوْا شَيْئًا وَّهُوَ شَرٌّ لَّكُمْ ۗ وَاللّٰهُ يَعْلَمُ وَاَنْتُمْ لَا تَعْلَمُوْنَ ﴿٢١٧﴾

২১৭। লান তৌবা য়াবগী য়াথং পীরবনি নখোইদা, মদু নখোইনা পামদ্রবসু; তৌইগুম্বসুং নখোইনা পামদবা ওইবা য়াই নখোইগী ফনঙাই ওইবা পোৎ অমা, অমসুং নখোইনা পাম্বা ওইবসু য়াই নখোইগী ফত্তনঙাই ওইবা পোৎ অমা। অদুম ওইনমক অল্লাহদি অখঙবনি অমসুং নখোইদি খঙদবনি।

২৭ শুবা রুকূ

يَسْـَٔلُوْنَكَ عَنِ الشَّهْرِ الْحَرَامِ قِتَالٍ فِيْهِ ۗ قُلْ قِتَالٌ فِيْهِ كَبِيْرٌ ۗ وَصَدٌّ عَنْ سَبِيْلِ اللّٰهِ وَكُفْرٌ ۢ بِهٖ وَالْمَسْجِدِ الْحَرَامِ ۗ وَاِخْرَاجُ اَهْلِهٖ مِنْهُ اَكْبَرُ عِنْدَ اللّٰهِ ۚ وَالْفِتْنَةُ اَكْبَرُ مِنَ الْقَتْلِ ۗ وَلَا يَزَالُوْنَ يُقَاتِلُوْنَكُمْ حَتّٰى يَرُدُّوْكُمْ عَنْ دِيْنِكُمْ اِنِ اسْتَطَاعُوْا ۗ وَمَنْ يَّرْتَدِدْ مِنْكُمْ عَنْ دِيْنِهٖ فَيَمُتْ وَهُوَ كَافِرٌ فَاُولٰٓئِكَ حَبِطَتْ اَعْمَالُهُمْ فِي الدُّنْيَا وَالْاٰخِرَةِ ۚ وَاُولٰٓئِكَ اَصْحٰبُ النَّارِ ۚ هُمْ فِيْهَا خٰلِدُوْنَ ﴿٢١٨﴾

২১৮। মখোইনা হংলি নংঙোন্দা অশেংবা থাদা লান থেংনবগী মরমদা। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "লান থেংনবা মদুগী মনুংদা অচৌবা (পাপ) নি। তৌইগুম্বসুং (ধর্ম্ম চত্তবশিংদা খঙহল্লু মদুদিঃ) অল্লাহগী লম্বীদগী (মীশিংবু) থিংবা, অমসুং মহাকপু (থাজদদুনা) য়াদবা, অমসুং অশেংবা মসজিদদা (মীশিং চঙবা) থিংবা অমসুং মদুদা লৈবা মীশিংবু তান্থোকপা অসিনা হেন্না চাওবা (পাপ) নি অল্লাহগী মনাক্তা; অমসুং ঈরাং হৌদুনা ওৎ-নৈবনা তোরা-তুনা হাৎপদগী হেন্না ফত্তে।" অদুগা মখোই তোকলোয়দৌরি নখোইগা লড়ায় তৌনবা মখোইনা (নমফু তৌদুনা) নখোইবু ধর্ম্ম হন্দোকহনবা ঙমদরিবা ফাওবা, মখোইনা ঙমল-বদি। অদুগা নখোইগী মরক্তগী কনাগুম্বনা তুং হন্দোকলবদি মাগী ধর্ম্মদগী অমসুং শিরবদি অচুম্বা থাজদবা ওইরিঙৈদা—মখোইসিগী থবকশিং অরেম্বদা তারগনি তাইবঙ অসিদা অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদসু। অদুগা মখোইসি মরূপশিংনি খাম্বি মৈগী—মদুগী মনুংদা মখোই অদুম লৈরগনি।

اِنَّ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَالَّذِيْنَ هَاجَرُوْا وَجٰهَدُوْا فِيْ

২১৯। থাজ্ঞৈশেংবমক, অচুম্বা থাজবশিং অমসুং ময়ুম হোংখিবশিং অমসুং কন্না হোৎনখিবশিং

سَبِيلِ اللّٰهِ ۙ اُولٰٓئِكَ يَرْجُوْنَ رَحْمَتَ اللّٰهِ ؕ وَاللّٰهُ غَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ﴿۲۱۸﴾

অল্লাহগী মরমদা—মখোইসিনি আশা তৌরিবা অল্লাহগী ঙাকপিবা। অদুগা অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

يَسْـَٔلُوْنَكَ عَنِ الْخَمْرِ وَالْمَيْسِرِ ؕ قُلْ فِيْهِمَآ اِثْمٌ كَبِيْرٌ وَّمَنَافِعُ لِلنَّاسِ ۫ وَاِثْمُهُمَآ اَكْبَرُ مِنْ نَّفْعِهِمَا ؕ وَيَسْـَٔلُوْنَكَ مَاذَا يُنْفِقُوْنَ ۬ؕ قُلِ الْعَفْوَ ؕ كَذٰلِكَ يُبَيِّنُ اللّٰهُ لَكُمُ الْاٰيٰتِ لَعَلَّكُمْ تَتَفَكَّرُوْنَ ﴿۲۱۹﴾

২২০। মখোইনা হংলি নংঙোন্দা য়ু অমসুং জুৱারগী মরমদা। হায়য়ু অনিমক অচৌবা পাপনি অমসুং (খরা) কান্নবসু লৈ মীশিংগী, তৌইগুম্বসুং মখোইগী পাপনা হেল্লি মখোইগী কান্নবদগী। অদুগা মখোইনা (অমুকসু) হংলি নংঙোন্দা ঃ (দান পীবদা) করি খরচ মখোইনা তৌগনি। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "নখোইনা কায়থোকপা ঙম্বা অদুতা।" অসুম্না অল্লাহনা তশেংনা খঙহল্লি নখোইবু মহাক্কী পাওজেনশিং অদুনা নখোইনা রাখল খনজনবা,

فِى الدُّنْيَا وَالْاٰخِرَةِ ؕ وَيَسْـَٔلُوْنَكَ عَنِ الْيَتٰمٰى ؕ قُلْ اِصْلَاحٌ لَّهُمْ خَيْرٌ ؕ وَاِنْ تُخَالِطُوْهُمْ فَاِخْوَانُكُمْ ؕ وَاللّٰهُ يَعْلَمُ الْمُفْسِدَ مِنَ الْمُصْلِحِ ؕ وَلَوْ شَآءَ اللّٰهُ لَاَعْنَتَكُمْ ؕ اِنَّ اللّٰهَ عَزِيْزٌ حَكِيْمٌ ﴿۲۲۰﴾

২২১। তাইবঙ পুন্সিদা অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদা। অদুগা মখোইনা (অমুকসু) হংলি নংঙোন্দা পীতৎ-পাতৎপা মচাশিংগী মরমদা। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "মখোইগী ফনবতা শীনবিবনা ফগনি; অমসুং নখোইনা মখোইগা তিন্ন-তোৎ-নরবদি, মখোই নখোইগী নচিন ননাওশিংনি। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা খঙই ফত্তনবা শীনববু (তোঙান্না) ফনবা শীনবদগী। অদুগা অল্লাহনা করিগুম্বা নীংলমলবদি, মহাকনা অরাবা নম্বোহন-বিরমগনি নখোইবু। তশেংবমক অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَلَا تَنْكِحُوا الْمُشْرِكٰتِ حَتّٰى يُؤْمِنَّ ؕ وَلَاَمَةٌ مُّؤْمِنَةٌ خَيْرٌ مِّنْ مُّشْرِكَةٍ وَّلَوْ اَعْجَبَتْكُمْ ۚ وَلَا تُنْكِحُوا الْمُشْرِكِيْنَ حَتّٰى يُؤْمِنُوْا ؕ وَلَعَبْدٌ مُّؤْمِنٌ خَيْرٌ مِّنْ مُّشْرِكٍ وَّلَوْ اَعْجَبَكُمْ ؕ اُولٰٓئِكَ يَدْعُوْنَ اِلَى النَّارِ ۖۚ وَاللّٰهُ يَدْعُوْٓا

২২২। অদুগা লুহোংগনু মূর্তি ঈরাৎপা নুপীশিং অচুম্বা থাজদরিবা ফাওবা; অচুম্বা থাজবী মীনাই নুপী অমনা হেন্না ফৈ মূর্তি ঈরাৎপী (মনীং তম্বী) নুপী অমদগী, মানা নুংশিনা তৌরবসু নখোইবু। অদুগা পীগনু অচুম্বা থাজবী নুপীশিং লুংহোংদুনা মূর্তি ঈরাৎপশিংদা মখোইনা অচুম্বা থাজদরিবা ফাওবা; কবিনা হায়ববু ঈমান্দার মীনাই নিপা অমনা হেন্না ফৈ (মনীং তম্বা) মূর্তি ঈরাৎপা নিপা অমদগী, মানা নুংশিনা তৌরবসু নখোইবু।

إِلَى الْجَنَّةِ وَالْمَغْفِرَةِ بِإِذْنِهِ ۚ وَيُبَيِّنُ آيَاتِهِ لِلنَّاسِ
لَعَلَّهُمْ يَتَذَكَّرُونَ ﴿٢٢١﴾

মখোইসিনা কৌরি নখোইবু মৈদা, তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা কৌরি (নখোইবু) স্বর্গ লৈকোন্দা অমসুং ঙাকপিবগী মায়কৈদা মহাক্কী ময়াথংনা। অদুগা মহাকনা তশেংনা খঙহল্লি মীশিংবু মহাক্কী পাও-জেনশিং অদুনা মখোইনা নীংশিঙদুনা লৈনবা।

২৮ শুবা রুকূ

وَيَسْأَلُونَكَ عَنِ الْمَحِيضِ ۖ قُلْ هُوَ أَذًى فَاعْتَزِلُوا
النِّسَاءَ فِي الْمَحِيضِ ۖ وَلَا تَقْرَبُوهُنَّ حَتَّىٰ يَطْهُرْنَ ۖ
فَإِذَا تَطَهَّرْنَ فَأْتُوهُنَّ مِنْ حَيْثُ أَمَرَكُمُ اللَّهُ ۚ إِنَّ
اللَّهَ يُحِبُّ التَّوَّابِينَ وَيُحِبُّ الْمُتَطَهِّرِينَ ﴿٢٢٢﴾

২২৩। অদুগা মখোইনা হংলি নংঙোন্দা থাগী ঈমাংলিঙৈ (দা মতু-মৱা তিন্নব) গী মরমদা। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "মসি (হকচাং) মাঙনিঙঙাইনি, মরম অদুনা তোঙান্না লৈয়ু নুপীশিংদগী ঈমাং-লিঙৈদা অমসুং চঙলুগনু মখোইদা মশা শেংদরিবা ফাওবা। তৌইগুম্বসুং মখোই মশা শেংলবা মতমদা, চঙঙু মখোইদা অল্লাহনা ময়াথং পীবগী মতুংইন্না নখোইদা।" তশেংবমক অল্লাহনা নুংশিবি মপাপ হায়দোকচবশিং বু অমসুং (মহাকনা) নুংশিবি মশা শেংনা লূনা লৈবশিংবু।

نِسَاؤُكُمْ حَرْثٌ لَكُمْ فَأْتُوا حَرْثَكُمْ أَنَّىٰ شِئْتُمْ ۖ وَ
قَدِّمُوا لِأَنْفُسِكُمْ ۚ وَاتَّقُوا اللَّهَ وَاعْلَمُوا أَنَّكُمْ مُلَاقُوهُ ۗ
وَبَشِّرِ الْمُؤْمِنِينَ ﴿٢٢٣﴾

২২৪। নখোইগী নতাপ্নোইশিং নখোইগী লৌ খোইনবা (লৌবুকশিং) নি; মরম অদুনা চঙঙু নখোইগী লৌ খোইফমদা নখোইনা পাম্বা মতমদা, অমসুং (আখেরতকী পুন্সিদা) নশাগী (কান্নবগী) হান্না থাও (অফবা) চেংজেন। অদুগা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং খঙঙু নখোই উনগনি মহাক্তা (শিরবা মতুংগী পুন্সিদা); অমসুং থুংঙু হরাওবা পাও (হুকুমশিং অসিগী) অচুম্বা থাজবশিংদা।

وَلَا تَجْعَلُوا اللَّهَ عُرْضَةً لِأَيْمَانِكُمْ أَنْ تَبَرُّوا وَتَتَّقُوا
وَتُصْلِحُوا بَيْنَ النَّاسِ ۗ وَاللَّهُ سَمِيعٌ عَلِيمٌ ﴿٢٢٤﴾

২২৫। অদুগা অল্লাহবু নখোইগী ৱাশক্লফম ওইদুনা লৈথোকফম থিগনু অফবা (থবকশিং) তৌবদগী অমসুং ধর্ম্ম লৈবা ওইবদগী অমসুং মীগী চান্ন-চিন্ননবা থৌরাংবদগী। অদুগা অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

لَا يُؤَاخِذُكُمُ اللَّهُ بِاللَّغْوِ فِي أَيْمَانِكُمْ وَلَٰكِنْ يُؤَاخِذُكُمْ

২২৬। অল্লাহনা লৌবিরোই হিসাব নখোইনা নাতৈ-উতৈ চাদনা তৌবগী ৱাশকশিং, তৌই-গুম্বসুং মহাকনা লৌবিগনি হিসাব নখোইনা থৱাই

بِمَا كَسَبَتْ قُلُوْبُكُمْ ۚ وَاللّٰهُ غَفُوْرٌ حَلِيْمٌ ﴿٢٢٥﴾

য়াওনা তৌখিবা (রাশক) অদুতগী। অদুগা অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, খাংবিহৈবনি।

لِلَّذِيْنَ يُؤْلُوْنَ مِنْ نِّسَآئِهِمْ تَرَبُّصُ اَرْبَعَةِ اَشْهُرٍ ۚ فَاِنْ فَآءُوْ فَاِنَّ اللّٰهَ غَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ﴿٢٢٦﴾

২২৭। তাল্লোই নুপীশিংদা চঙলোই হায়না ৱাশক তৌবশিংদু—(নুপীশিং) মখোইনা থাবুম মরি ঙাইদুনা লৈগদবনি; মওং মতাদুদা মখোইনা অমুকহন্না হনজল্লবদি (মতুমরা ওইবগী থবক্তা), তশেংবমক অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَاِنْ عَزَمُوا الطَّلَاقَ فَاِنَّ اللّٰهَ سَمِيْعٌ عَلِيْمٌ ﴿٢٢٧﴾

২২৮। তৌইগুম্বসুং মখোইনা মপুকনিং লেপলবদি শেৎন-কায়নবগী, তশেংবমক অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

وَالْمُطَلَّقٰتُ يَتَرَبَّصْنَ بِاَنْفُسِهِنَّ ثَلٰثَةَ قُرُوْٓءٍ ۚ وَلَا يَحِلُّ لَهُنَّ اَنْ يَّكْتُمْنَ مَا خَلَقَ اللّٰهُ فِيْٓ اَرْحَامِهِنَّ اِنْ كُنَّ يُؤْمِنَّ بِاللّٰهِ وَالْيَوْمِ الْاٰخِرِ ۚ وَبُعُوْلَتُهُنَّ اَحَقُّ بِرَدِّهِنَّ فِيْ ذٰلِكَ اِنْ اَرَادُوْٓا اِصْلَاحًا ۚ وَلَهُنَّ مِثْلُ الَّذِيْ عَلَيْهِنَّ بِالْمَعْرُوْفِ ۖ وَلِلرِّجَالِ عَلَيْهِنَّ دَرَجَةٌ ۚ وَاللّٰهُ عَزِيْزٌ حَكِيْمٌ ﴿٢٢٨﴾

২২৯। অদুগা খায়নরবা নুপীশিংনা থা অহুম ঈমাংবা ফাওবা ঙাইদুনা লৈগদবনি; অমসুং (নুপী) মখোইনা লোৎশিনবা তৌহৈদে অল্লাহনা মীরোনহনখিবদু মখোইগী গর্ভনুংদা, মখোইনা থাজরবদি অল্লাহ অমসুং অরোয়বা নুমিৎপু। অদুগা মখোইগী মপুরোইবশিংগী হক লৈ (অমুকহন্না) লৌশিনবগী মখোইবু (ইদ্দতকী) চৈনুং অদুদা, (পা-পী) মখোইনা তাইশিন্নবা পামলবদি। অদুগা (নুপীশিং) মখোইসু হক লৈ মখোইগী মথক্তা লৈবগুম্না, অচুম্বা মওংদা; তৌইগুম্বসুং নিপাশিংনা (নুপী) মখোইগী মথক থোংই। অদুগা অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

২৯ শুবা রুকূ

اَلطَّلَاقُ مَرَّتٰنِ ۖ فَاِمْسَاكٌۢ بِمَعْرُوْفٍ اَوْ تَسْرِيْحٌۢ بِاِحْسَانٍ ۗ وَلَا يَحِلُّ لَكُمْ اَنْ تَاْخُذُوْا مِمَّآ اٰتَيْتُمُوْهُنَّ شَيْئًا اِلَّآ اَنْ يَّخَافَآ اَلَّا يُقِيْمَا حُدُوْدَ اللّٰهِ ۖ فَاِنْ خِفْتُمْ اَلَّا يُقِيْمَا

২৩০। তলাক (নুপী খায়নবা) অনিরক হন্না তৌবা য়াই, (মতুংদা করিগুম্বা হনজিল্লবদি) নিংথীজনা থম্মিয়ু মখোইবু নত্তগা (অমুকসু য়ানদ্রবদি) তরাম-তরাম থাদোকপিখো (মখোইবু)। অদুগা (নিপা) নখোইনা মখোইদা পীখিবা পোৎশিং অদুগী শরুক খরা অমুকহন্না লৌবা য়াদে, মখোই অনিমক্কা অল্লাহগী হুকুম ঙাক্কা চৎপা ঙমগনি হায়বা উদ্রবা মতমদা নত্তনা।

حُدُوْدَ اللّٰهِ ۚ فَلَا جُنَاحَ عَلَيْهِمَا فِيْمَا افْتَدَتْ بِهٖ ۚ تِلْكَ حُدُوْدُ اللّٰهِ فَلَا تَعْتَدُوْهَا ۚ وَمَنْ يَّتَعَدَّ حُدُوْدَ اللّٰهِ فَاُولٰٓئِكَ هُمُ الظّٰلِمُوْنَ ﴿۲۲۹﴾

তৌইগুম্বসুং নখোই (ব্রা তাইশিন্নবশিংনা) অকিবা লৈরবদি মখোই অল্লাহগী হুকুম ঙাক্না চৎপা ঙমগনি হায়বা, দোশ করিসু লৈতে মখোইদা নুপীনা (নিপা পামদবগী) মমল পীদুনা মনীং তমজ-খিবদা। পুম্নমকসি অল্লাহগী (অরেপ্পা) পনখৈশিংনি, মরম অদুনা ব্রাংমা লাথোক্কনু মখোইগী, করিনা হায়ববু কনাগুম্বনা ব্রাংমা লাথোকলবদি অল্লাহগী পনখৈশিংগী, মখোইদু অরানবা লম্বীনবশিংনি।

فَاِنْ طَلَّقَهَا فَلَا تَحِلُّ لَهٗ مِنْۢ بَعْدُ حَتّٰى تَنْكِحَ زَوْجًا غَيْرَهٗ ۚ فَاِنْ طَلَّقَهَا فَلَا جُنَاحَ عَلَيْهِمَآ اَنْ يَّتَرَاجَعَآ اِنْ ظَنَّآ اَنْ يُّقِيْمَا حُدُوْدَ اللّٰهِ ۚ وَتِلْكَ حُدُوْدُ اللّٰهِ يُبَيِّنُهَا لِقَوْمٍ يَّعْلَمُوْنَ ﴿۲۳۰﴾

২৩১। মরম অদুনা (নিপা) মহাকনা খায়নরবদি মাবু (অহুমরক শুনা), অদুগী মতমদা নুপীদু হলাল (আইন্না য়াবা) ওইদ্রে মহাক্কী হক্তা মদুগী মতুংদা, মানা (মশাগী মরন্নাই ওইনা) য়ুম্বাল্লুদরিবা ফাওবা অতোপ্পা নিপা অমদা। মহাকনা খায়নবির-কলবদি মাবু; দোশ করিসু লৈতে মখোই (-অহানবা নিপাগা) অমুক হনজিন্নবদা, মখোইনা ঙাকপা ঙমলবদি অল্লাহগী লেপখিবা পনখৈশিং। অদুগা পুম্নমকসি পনখৈশিংনি অল্লাহগী মদু মহাকনা তশেংনা খঙহল্লি জ্ঞান চৈরোইনবা মীশিংদা।

وَاِذَا طَلَّقْتُمُ النِّسَآءَ فَبَلَغْنَ اَجَلَهُنَّ فَاَمْسِكُوْهُنَّ بِمَعْرُوْفٍ اَوْ سَرِّحُوْهُنَّ بِمَعْرُوْفٍ ۚ وَلَا تُمْسِكُوْهُنَّ ضِرَارًا لِّتَعْتَدُوْا ۚ وَمَنْ يَّفْعَلْ ذٰلِكَ فَقَدْ ظَلَمَ نَفْسَهٗ ۚ وَلَا تَتَّخِذُوْٓا اٰيٰتِ اللّٰهِ هُزُوًا ۚ وَّاذْكُرُوْا نِعْمَتَ اللّٰهِ عَلَيْكُمْ وَمَآ اَنْزَلَ عَلَيْكُمْ مِّنَ الْكِتٰبِ وَالْحِكْمَةِ يَعِظُكُمْ

২৩২। অদুগা নখোইনা খায়নখ্রবদা নুপীশিংবু অমসুং মখোইনা মখোইগী ইদ্দত (লেপখিবা মতম) শুখ্রবদা, মতম অদুদা (অমুকহন্না নিকাহ তৌদুনা) থম্মু মখোইবু নুংশিবিদুনা নত্রগা (পুকচেন তিন্নদ্রবদি) থাদোকপিখো মখোইবু তরাম-তরামনা; তৌইগুম্বসুং থমগনু মখোইবু (নিকাহনা পুনশিন্দুনা) অরানবা তৌনবগী (হুকুমগী) পনখৈ ব্রাংমা লান্না; অমসুং কনাগুম্বনা অসুম্না তৌরবদি, মহাক তশেংবমক জুলম তৌবনি আপ্না মথরাইবু। অদুগা করেম্নবা তৌগনু অল্লাহগী ময়াথংশিংবু, অমসুং নীংশিঙ্ঙু অল্লাহগী থৌজাল নখোইদা পীখিবদু অমসুং নখোইদা থাবিখিবা কিতাব অমসুং মহৈ-মশিং, মদুগী মতেংনা

بِهٖ ؕ وَاتَّقُوا اللّٰهَ وَاعْلَمُوْٓا اَنَّ اللّٰهَ بِكُلِّ شَیْءٍ عَلِیْمٌ ﴿۲۳۱﴾ ع

মহাকনা পাওতাকপি নখোইবু। অদুগা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং খঙঙু অল্লাহদি তশেংবমক খঙবনি পোৎ পুম্নমক।

৩০ শুবা রুকূ

وَاِذَا طَلَّقْتُمُ النِّسَآءَ فَبَلَغْنَ اَجَلَهُنَّ فَلَا تَعْضُلُوْهُنَّ اَنْ یَّنْكِحْنَ اَزْوَاجَهُنَّ اِذَا تَرَاضَوْا بَیْنَهُمْ بِالْمَعْرُوْفِ ؕ ذٰلِكَ یُوْعَظُ بِهٖ مَنْ كَانَ مِنْكُمْ یُؤْمِنُ بِاللّٰهِ وَالْیَوْمِ الْاٰخِرِ ؕ ذٰلِكُمْ اَزْكٰى لَكُمْ وَاَطْهَرُ ؕ وَاللّٰهُ یَعْلَمُ وَاَنْتُمْ لَا تَعْلَمُوْنَ ﴿۲۳۲﴾

২৩৩। অদুগা নখোইনা খায়নখ্রবদা নুপীশিংবু অমসুং মখোইনা মখোইগী ইদ্দত শুখ্রবদা, থিংবা তৌগনু মখোইবু ময়ুম পানখিবদা (হান্নগী) মপুরোইবশিংদা, মখোই মশেল নিংথীজনা য়ানদুনা। মসি পাওতাকনি নখোইগী অল্লাহ অমসুং অরোয়বা নুমিৎপু থাজবা মীদা। মসি নখোইগী হেন্না নুংঙাইনঙাইনি অমসুং হেন্না শেঙ্গৎনঙাইনি; অমসুং অল্লাহদি অখঙবনি তৌইগুম্বসুং (মী) নখোইদি খঙদবনি।

وَالْوَالِدٰتُ یُرْضِعْنَ اَوْلَادَهُنَّ حَوْلَیْنِ كَامِلَیْنِ لِمَنْ اَرَادَ اَنْ یُّتِمَّ الرَّضَاعَةَ ؕ وَعَلَى الْمَوْلُوْدِ لَهٗ رِزْقُهُنَّ وَكِسْوَتُهُنَّ بِالْمَعْرُوْفِ ؕ لَا تُكَلَّفُ نَفْسٌ اِلَّا وُسْعَهَا ۚ لَا تُضَآرَّ وَالِدَةٌ ۢ بِوَلَدِهَا وَلَا مَوْلُوْدٌ لَّهٗ بِوَلَدِهٖ ۗ وَعَلَى الْوَارِثِ مِثْلُ ذٰلِكَ ۚ فَاِنْ اَرَادَا فِصَالًا عَنْ تَرَاضٍ مِّنْهُمَا وَتَشَاوُرٍ فَلَا جُنَاحَ عَلَیْهِمَا ؕ وَاِنْ اَرَدْتُّمْ اَنْ تَسْتَرْضِعُوْٓا اَوْلَادَكُمْ فَلَا جُنَاحَ عَلَیْكُمْ اِذَا سَلَّمْتُمْ مَّآ اٰتَیْتُمْ بِالْمَعْرُوْفِ ؕ وَاتَّقُوا

২৩৪। অদুগা মমাশিংনা (খায়নরকলবা ফাওবদা) খোম পিথক্কদবনি মখোইগী মচাশিংবু চহি মপুম অনি; মসি অদুগুম্বা মীশিংগীদমকনি মখোইনা (খায়নখ্রবা নুপীবু, মচা খোম থকপগী মতম) পুরা খোম পিথকহল্লীংবা। অদুগা (অঙাংগী মপা) মহাকনা পুগদবনি (মমাশিং) মখোইগী চাবা অমসুং শেৎপগী খরচ চৎনবী মতুংইন্না। মী কনামতবু থোঙ্গৎপিরোই-দবনি নম্বো মানা পুবা ঙমলেইদবা। মমাবু (মপানা) মচাগীদমক অৱাবা ফংহল্লোইদবনি নত্তগা মপাবু (মমানা) মচাগী-দমক অৱাবা নম্বোহল্লোইদবনি; অমসুং (অঙাং খোম খায়দরিঙেদা মপা শিখিবা থোকলবদি মপাগী) ৱারিস (মহুৎ শীনহৌবা মী) গী দায়ী কোকথোংনি। (মমা-মপা) মখোই অনিমক য়ানদুনা অমসুং ৱা তানদুনা খোম খায়দোকলবদি মখোইগী দোশ করিসু লৈতে। অদুগা (মপা) নখোইনা (মমাগী খোম্লাং পিথকহন্দদুনা) খোমইনবী অমা থমদুনা নচাশিং য়োকহনগে নীংলবদি, নখোইদা দোশ

করিসু লৈতে, নখোইনা (মাগী) পীফম থোকপা অদু পীরবদি নিয়ম চুম্না। অদুগা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং খঙঙু অল্লাহনা উই নখোইনা তৌবদু।

اللّٰهَ وَاعْلَمُوْٓا اَنَّ اللّٰهَ بِمَا تَعْمَلُوْنَ بَصِيْرٌ

২৩৫। অদুগা নখোইগী মরক্তা কনাগুম্বনা শিত্রবা অমসুং মতুশিং লৈহৌরবদি, (লুখ্রাবী) মখোইসি ইদ্দত ফমগনি থা মরি নুমিৎ তরা; মি'আদ শুরবা মতমদা, (মরী-মতা থোকপা) নখোইগী দোশ করিসু লৈতে মখোইনা (মযুম পান্নবা) তৌজখিবদা মশাগী অফবা য়েংদুনা। অদুগা অল্লাহদি খবররালানি নখোইনা তৌরিবা-পুম্বা।

وَالَّذِيْنَ يُتَوَفَّوْنَ مِنْكُمْ وَيَذَرُوْنَ اَزْوَاجًا يَّتَرَبَّصْنَ بِاَنْفُسِهِنَّ اَرْبَعَةَ اَشْهُرٍ وَّعَشْرًا ۚ فَاِذَا بَلَغْنَ اَجَلَهُنَّ فَلَا جُنَاحَ عَلَيْكُمْ فِيْمَا فَعَلْنَ فِيْٓ اَنْفُسِهِنَّ بِالْمَعْرُوْفِ ۗ وَاللّٰهُ بِمَا تَعْمَلُوْنَ خَبِيْرٌ

২৩৬। অদুগা নখোইদা দোশ করিসু লৈতে নখোইনা (অসিগুম্বা লুখ্রাবী) নুপীশিংদা (ইদ্দত মনুংদা) পুন্সি নাচোম ওইনীংবগী রা নাকোয়ননা হৌদোকপদা নত্তগা নপুকনিংদা (নুপীসে ঐ লৌরগে হায়না) আশা তৌজবদা। অল্লাহনা খঙই ঃ নখোইনা রাখল তৌই মখোইবু, তৌইগুম্বসুং অরোনবা রা লেপনগনু মখোইগা, ইজ্জৎ লৈবা রা ঙাঙনবা নত্তনা। অদুগা নপুকনিং লেপকনু নিকাহ তৌগে হায়না ইদ্দত শুদ্রিবা ফাওবা। অদুগা খঙঙু ঃ অল্লাহনা খঙই নখোইগী নপুকনিংদা রাখল লৈবদু; মরম অদুনা চেকশল্লু মহাকপু। অদুগা খঙঙু ঃ অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, খাংবিহৈবনি।

وَلَا جُنَاحَ عَلَيْكُمْ فِيْمَا عَرَّضْتُمْ بِهٖ مِنْ خِطْبَةِ النِّسَآءِ اَوْ اَكْنَنْتُمْ فِيْٓ اَنْفُسِكُمْ ۗ عَلِمَ اللّٰهُ اَنَّكُمْ سَتَذْكُرُوْنَهُنَّ وَلٰكِنْ لَّا تُوَاعِدُوْهُنَّ سِرًّا اِلَّآ اَنْ تَقُوْلُوْا قَوْلًا مَّعْرُوْفًا ۗ وَلَا تَعْزِمُوْا عُقْدَةَ النِّكَاحِ حَتّٰى يَبْلُغَ الْكِتٰبُ اَجَلَهٗ ۗ وَاعْلَمُوْٓا اَنَّ اللّٰهَ يَعْلَمُ مَا فِيْٓ اَنْفُسِكُمْ فَاحْذَرُوْهُ ۚ وَاعْلَمُوْٓا اَنَّ اللّٰهَ غَفُوْرٌ حَلِيْمٌ

৩১ শুবা রুকূ

২৩৭। নখোইদা দোশ করিসু লৈতে নখোইনা নুপী খায়নবদা (নিকাহ তৌরবা মতুংদা) নখোইনা মশা শোক্তরিঙৈদা মখোইবু নত্তগা মখোইদা মুহর আনা (মঙ্গৎ) তমদ্রিঙৈদা। তৌইগুম্বসুং খরচ পীয়ু মখোইদা ঃ ইনাক খুনবনা মহাক্কী অরৈবা মতুংইন্না অমসুং লাইরবনা মহাক্কী অঙম্বা উপায় য়েংদুনা,

لَا جُنَاحَ عَلَيْكُمْ اِنْ طَلَّقْتُمُ النِّسَآءَ مَا لَمْ تَمَسُّوْهُنَّ اَوْ تَفْرِضُوْا لَهُنَّ فَرِيْضَةً ۖ وَّمَتِّعُوْهُنَّ عَلَى الْمُوْسِعِ

قَدَرُهُ وَعَلَى الْمُقْتِرِ قَدَرُهُ مَتَاعًا بِالْمَعْرُوفِ حَقًّا عَلَى الْمُحْسِنِينَ ﴿٢٣٦﴾

পীফম থোকপা মতিকচানা পীখো: (মসি) তঙাইফদবা মথৌনি অফবা তৌবশিংগী (অতোপ্পদা)।

وَإِنْ طَلَّقْتُمُوهُنَّ مِنْ قَبْلِ أَنْ تَمَسُّوهُنَّ وَقَدْ فَرَضْتُمْ لَهُنَّ فَرِيضَةً فَنِصْفُ مَا فَرَضْتُمْ إِلَّا أَنْ يَعْفُونَ أَوْ يَعْفُوَ الَّذِي بِيَدِهِ عُقْدَةُ النِّكَاحِ وَأَنْ تَعْفُوا أَقْرَبُ لِلتَّقْوَىٰ وَلَا تَنْسَوُا الْفَضْلَ بَيْنَكُمْ إِنَّ اللَّهَ بِمَا تَعْمَلُونَ بَصِيرٌ ﴿٢٣٧﴾

২৩৮। অদুগা নখোইনা খায়নরবদি মখোইবু নখোইনা মশা শোক্তরিঙেদা মখোইবু, তৌইগুম্বসুং মুহর আনাদি তমখ্রবা মখোইদা, অদু ওইরবদি পীখো তংখায় অমা লেপখিবা মুহর আনাগী মখোইনা তোকও হায়বা ময়াদ্রবদি নত্রগা নিকাহগী ঠিকা পায়রিবা (নিপা) মহাকনা (মশাগী ফংফম থোকপা) তোকলবদি (তমখিবা মুহর আনা পুরা পীখিবা য়াই)। অদুগা (নিপা) নখোইনা (নশরুক) তোকলবদি (অমসুং মুহর আনা পুরা পীথ্রবদি) পুণ্য চেনবগী মতৌ নকশিল্লে। অদুগা কাওথোক্কনু নখোই মশেল (খুদোল-শাদোল পীনবগী) পুকচেন চাওবা। তশেংবমক অল্লাহনা উই নখোইনা তৌবদু।

حَافِظُوا عَلَى الصَّلَوَاتِ وَالصَّلَاةِ الْوُسْطَىٰ وَقُومُوا لِلَّهِ قَانِتِينَ ﴿٢٣٨﴾

২৩৯। চেকশিল্লু নমাজ পুম্নমক, অমসুং (থোইদোক্লা) ময়ায়গী নমাজগী, অমসুং লেপও অল্লাহগী মমাংদা নোল্লুক্লা।

فَإِنْ خِفْتُمْ فَرِجَالًا أَوْ رُكْبَانًا فَإِذَا أَمِنْتُمْ فَاذْكُرُوا اللَّهَ كَمَا عَلَّمَكُمْ مَا لَمْ تَكُونُوا تَعْلَمُونَ ﴿٢٣٩﴾

২৪০।
নখোইনা কিরবদি, (নমাজ তৌ) লেপ্তুনা নত্রগা শগোল মথক্তা ফমদুনা; তৌইগুম্বসুং নখোইনা খুদোংথীবা লৈতরবা মতমদা, নীংশিঙু অল্লাহবু মহাকনা তম্বিখিবগুম্না নখোইবু নখোইনা (হাল্লা) খঙলমদবদু।

وَالَّذِينَ يُتَوَفَّوْنَ مِنْكُمْ وَيَذَرُونَ أَزْوَاجًا وَصِيَّةً لِأَزْوَاجِهِمْ مَتَاعًا إِلَى الْحَوْلِ غَيْرَ إِخْرَاجٍ فَإِنْ خَرَجْنَ فَلَا جُنَاحَ عَلَيْكُمْ فِي مَا فَعَلْنَ فِي أَنْفُسِهِنَّ

২৪১। অদুগা নখোইগী মরক্তা কনাগুম্বনা শিবা থোকলবা অমসুং তালোই নুপীশিং মতুংদা থরমলবদি চহি অমগী চান-থক্নবা খরচ পীনবগী (শীংলুপ চারুপনা) ৱসিয়ত (উইল) তৌবি-গদবনি, মখোইবু ইতান-তাংথোকপিদনা (মখোইগী ময়ুমশিংদগী), তৌইগুম্বসুং মখোই মশানা চথোকখ্রবদি, দোশ করিসু লৈতে নখোইদা মখোইনা মশাগী অফবা য়েংদুনা তৌজখিবদা।

مِنْ مَّعْرُوْفٍ ۗ وَاللّٰهُ عَزِيْزٌ حَكِيْمٌ ﴿٢٤٠﴾

অদুগা অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَلِلْمُطَلَّقٰتِ مَتَاعٌۢ بِالْمَعْرُوْفِ ۗ حَقًّا عَلَى الْمُتَّقِيْنَ ﴿٢٤١﴾

২৪২। অদুগা খায়নখ্রবা নুপীগী চান-থক্কবা খরচ নিংথীজনা পীগদবনি, মসি তঙাইফদনা পীফম থোকপনি ধর্ম্ম কায়দবশিংনা।

كَذٰلِكَ يُبَيِّنُ اللّٰهُ لَكُمْ اٰيٰتِهٖ لَعَلَّكُمْ تَعْقِلُوْنَ ﴿٢٤٢﴾

২৪৩। অসুম্না অল্লাহনা তশেংনা খঙহল্লি মহাক্কী পাওজেনশিং নখোইদা অদুনা নখোইনা খঙবা ঙম্নবা।

৩২ শুবা রুকূ

اَلَمْ تَرَ اِلَى الَّذِيْنَ خَرَجُوْا مِنْ دِيَارِهِمْ وَهُمْ اُلُوْفٌ حَذَرَ الْمَوْتِ ۪ فَقَالَ لَهُمُ اللّٰهُ مُوْتُوْا ۫ ثُمَّ اَحْيَاهُمْ ۗ اِنَّ اللّٰهَ لَذُوْ فَضْلٍ عَلَى النَّاسِ وَلٰكِنَّ اَكْثَرَ النَّاسِ لَا يَشْكُرُوْنَ ﴿٢٤٣﴾

২৪৪। নংবু উখিদব্রা ময়ামদু মখোই চথোকখি মখোইগী ময়ুমশিংদগী, অমসুং মখোই লিশিং লিশিংনি শিগদ্রা হায়না তুজুং মিপাইখিদুনা? মতমদুদা অল্লাহনা হায়বিখিঃ মখোইদাঃ "শিরো" : অদুগী তুংদা মহাকনা হিংগৎহনবিখি মখোইবু। তশেংবমক অল্লাহদি থৌজালহৈবনি মীওইবশিংদা, তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা উত্তে তৌবিমল খঙবা।

وَقَاتِلُوْا فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ وَاعْلَمُوْٓا اَنَّ اللّٰهَ سَمِيْعٌ عَلِيْمٌ ﴿٢٤٤﴾

২৪৫। অদুগা লান থেংনৌ অল্লাহগী লম্বীদা, অমসুং খঙু অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

مَنْ ذَا الَّذِيْ يُقْرِضُ اللّٰهَ قَرْضًا حَسَنًا فَيُضٰعِفَهٗ لَهٗٓ اَضْعَافًا كَثِيْرَةً ۗ وَاللّٰهُ يَقْبِضُ وَيَبْصُۜطُ ۪ وَاِلَيْهِ تُرْجَعُوْنَ ﴿٢٤٥﴾

২৪৬। কনা লৈবগে —————— ফজনা শেল পুথোক্কদবা অল্লাহদা অদুনা মহাকনা হেনগৎহনবিনবা মহাক্কীদমক শরুক য়াম্না? অদুগা অল্লাহনা লৌবি (অঙব্বা পথোকচরকপদু) অমসুং চাওথোকহনবি, অমসুং মঙোন্দা নখোই হনজনগনি।

اَلَمْ تَرَ اِلَى الْمَلَاِ مِنْۢ بَنِيْٓ اِسْرَآءِيْلَ مِنْۢ بَعْدِ مُوْسٰى ۘ اِذْ قَالُوْا لِنَبِيٍّ لَّهُمُ ابْعَثْ لَنَا مَلِكًا نُّقَاتِلْ فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ ۗ قَالَ هَلْ عَسَيْتُمْ اِنْ كُتِبَ عَلَيْكُمُ

২৪৭। নংবু তাখিদব্রা ইস্রাঈল মচাশিংগী ফম্মেল লুচিংবশিং মুসাগী মতুংদা লৈরম্বনা হায়খি মখোইগী নবীদাঃ "হাপ্পিয়ু নিংথৌ অমা ঐখোইগীদমক অদুনা ঐখোইনা লান তৌনবা অল্লাহগী লম্বীদা।" মহাকনা হায়বিখিঃ "নখোই লান তৌরোইদবগী তৌরিবা নত্তব্রা, নখোইবু লান

তৌ হায়না হুকুম তৌরবদা?'' মখোইনা পাওখুমখি: ''করি মরম লৈবগে ঐখোইনা লান তৌরোইদবগী অল্লাহগী মরমদা, ঐখোইবু তাথোকপিখ্রবদা ঐখোইগী ইযুম-ইকৈশিংদগী অমসুং ইচা-ইশুশিংদগীসু?'' তৌইগুম্বসুং লান তৌনবগী হুকুম তৌখিবদা মখোইদা, মখোইনা মমায় ওন্থোকখি মখোই খরা নত্তনা। অদুগা অল্লাহনা (মুন্না) খঙই অরানবা লম্বীনবশিংবু।

الْقِتَالُ أَلَّا تُقَاتِلُوا ۖ قَالُوا وَمَا لَنَا أَلَّا نُقَاتِلَ فِي سَبِيلِ اللَّهِ وَقَدْ أُخْرِجْنَا مِنْ دِيَارِنَا وَأَبْنَائِنَا ۖ فَلَمَّا كُتِبَ عَلَيْهِمُ الْقِتَالُ تَوَلَّوْا إِلَّا قَلِيلًا مِنْهُمْ ۗ وَاللَّهُ عَلِيمٌ بِالظَّالِمِينَ ﴿٢٤٦﴾

২৪৮। অদুগা মখোইগী নবীনা হায়বিখি মখোইদা: ''তশেংবমক অল্লাহনা হাপ্পিখ্রে নখোইগীদমক তালুতপু নিংথৌ ওইনা।'' অদুদা মখোইনা হায়খি: ''করম্না মহাকনা ফংগনি নিংথৌগী শক্তি ঐখোইগী ইথক্তা ঐখোইনা মঙোন্দগী হেন্না হক লৈবদা নিংথৌগী শক্তি ফংবগী অমসুং মহাক্তি য়াৱা ললয়াম লোইবসু নত্তনা?'' মহাকনা পাওখুম্খিখি: ''অল্লাহনা তশেংনমক খনবিখ্রে মহাকপু নখোইগী নথক্তা অমসুং পীবিখ্রে মঙোন্দা অথোইবা জ্ঞান অমসুং (অহেনবা) ওংলৌ হকচাং। অদুগা অল্লাহনা পীবি নিংথৌ-শক্তি মহাকনা চানবিবা (মতিকচাব) দা অমসুং মহাক্তি পীন-হালেঙদবনি, পুংখঙ-খঙবনি।

وَقَالَ لَهُمْ نَبِيُّهُمْ إِنَّ اللَّهَ قَدْ بَعَثَ لَكُمْ طَالُوتَ مَلِكًا ۚ قَالُوا أَنَّىٰ يَكُونُ لَهُ الْمُلْكُ عَلَيْنَا وَنَحْنُ أَحَقُّ بِالْمُلْكِ مِنْهُ وَلَمْ يُؤْتَ سَعَةً مِنَ الْمَالِ ۚ قَالَ إِنَّ اللَّهَ اصْطَفَاهُ عَلَيْكُمْ وَزَادَهُ بَسْطَةً فِي الْعِلْمِ وَالْجِسْمِ ۖ وَاللَّهُ يُؤْتِي مُلْكَهُ مَنْ يَشَاءُ ۚ وَاللَّهُ وَاسِعٌ عَلِيمٌ ﴿٢٤٧﴾

২৪৯। অদুগা মখোইগী নবীনা (অসিসু) হায়বিখি মখোইদা: ''তশেংবমক মহাক্কী বাদশাহীগী খুদমদি অসিনি: নখোইদা লাক্কনি থম্মোইদু মদুদা লৈগনি অঙৈবা নখোইগী মপুদগী অমসুং য়াইফবগী 'মিরাস' (উইল তৌদুনা পীরম্বা পোৎ) অমা মুসাগী মচা-মশুশিংনা অমসুং হারুনগী মচা-মশুশিংনা থরম্বসু য়াওগনি, ফরিশতহশিংনা পুরক্কনি মদু। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা থাজবা।

وَقَالَ لَهُمْ نَبِيُّهُمْ إِنَّ آيَةَ مُلْكِهِ أَنْ يَأْتِيَكُمُ التَّابُوتُ فِيهِ سَكِينَةٌ مِنْ رَبِّكُمْ وَبَقِيَّةٌ مِمَّا تَرَكَ آلُ مُوسَىٰ وَآلُ هَارُونَ تَحْمِلُهُ الْمَلَائِكَةُ ۚ إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَةً لَكُمْ إِنْ كُنْتُمْ مُؤْمِنِينَ ﴿٢٤٨﴾

### ৩৩ শুবা রুকূ

২৫০। মরম অদুনা তালুতনা খোঙশান্দোর-

فَلَمَّا فَصَلَ طَالُوتُ بِالْجُنُودِ قَالَ إِنَّ اللَّهَ مُبْتَلِيكُمْ

بِنَهَرٍ ۚ فَمَنْ شَرِبَ مِنْهُ فَلَيْسَ مِنِّي ۚ وَمَنْ لَّمْ
يَطْعَمْهُ فَإِنَّهُ مِنِّي إِلَّا مَنِ اغْتَرَفَ غُرْفَةً بِيَدِهِ ۚ
فَشَرِبُوا مِنْهُ إِلَّا قَلِيلًا مِّنْهُمْ ۚ فَلَمَّا جَاوَزَهُ هُوَ
وَالَّذِينَ آمَنُوا مَعَهُ ۙ قَالُوا لَا طَاقَةَ لَنَا الْيَوْمَ
بِجَالُوتَ وَجُنُودِهِ ۚ قَالَ الَّذِينَ يَظُنُّونَ أَنَّهُم مُّلَاقُو
اللَّهِ ۙ كَم مِّن فِئَةٍ قَلِيلَةٍ غَلَبَتْ فِئَةً كَثِيرَةً بِإِذْنِ
اللَّهِ ۗ وَاللَّهُ مَعَ الصَّابِرِينَ ﴿٢٤٩﴾

কখিবদা লাম্মীশিংগা লোয়ননা, মহাকনা হায়খি ঃ "তশেংবমক অল্লাহনা চাং য়েংবিগদৌরি নখোইবু তুরেল অমদা; মরমদুনা কনাগুম্বনা (ঈশিং) থকলবদি মদুদগী মহাক ঐগী নত্তে, অমসুং কনাগুম্বনা মদু মহাউ তংদ্রবদি মহাক থাঙ্গেশেং-বমক ঐগীনি, নত্তনা কনাগুম্বনা খুজোক্কা খুয়ানা লৌদুনা খজিক-খরাক থকপ (না থকপনি)।" তৌইগুম্বসুং মখোইনা (ঈশিং) থকখি মদুদগী মখোই খরা নত্তনা। মরমদুনা মখোইনা (তুরেলদু) লানখিবা মতমদা, মহাক অমসুং মহাক্কা লোয়নখিবা ঈমান্দারশিং মখোইনা হায়খি ঃ "ঐখোই ঙসিদি পাঙ্গল লৈতে থেংনবগী জালুত অমসুং মহাক্কী লাম্মীশিংগা।" তৌইগুম্বসুং মখোই (ঈমান্দারশিং) অল্লাহবু শোয়দনমক উনগনি খঙবশিংনা হায়খি ঃ "কয়া য়াম্না মশিং য়ামদবা খুৎপুনা মায়থীবা পীখিদব্রা মশিং য়াম্বা খুৎপুবু অল্লাহগী হুকুমনা! অদুগা অল্লাহদি ইলোয়-লোয়নবি অখাংকনবশিংগা।"

وَلَمَّا بَرَزُوا لِجَالُوتَ وَجُنُودِهِ قَالُوا رَبَّنَا أَفْرِغْ
عَلَيْنَا صَبْرًا وَثَبِّتْ أَقْدَامَنَا وَانصُرْنَا عَلَى الْقَوْمِ
الْكَافِرِينَ ﴿٢٥٠﴾

২৫১। অদুগা মখোইনা থোরকখিবদা থেংন-গদবগী জালুত অমসুং মহাক্কী তেঙ্গোলশিংগা, মখোইনা হায়খি ঃ "ঐখোইগী মপুও! পীনবিয়ু ঐখোইদা অখাংকনবা অমসুং চেৎহনবিয়ু ঐখোইগী খোঙফম অমসুং তেংবাংবিয়ু ঐখোইবু লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী মথক্তা।"

فَهَزَمُوهُم بِإِذْنِ اللَّهِ وَقَتَلَ دَاوُودُ جَالُوتَ وَ
آتَاهُ اللَّهُ الْمُلْكَ وَالْحِكْمَةَ وَعَلَّمَهُ مِمَّا يَشَاءُ ۗ وَ
لَوْلَا دَفْعُ اللَّهِ النَّاسَ بَعْضَهُم بِبَعْضٍ لَّفَسَدَتِ
الْأَرْضُ وَلَٰكِنَّ اللَّهَ ذُو فَضْلٍ عَلَى الْعَالَمِينَ ﴿٢٥١﴾

২৫২। মরম অসিনা মখোইনা মায়থীবা পীখি (মশিং য়াম্বা) মখোইবু অল্লাহগী হুকুমনা; অমসুং দাঊদনা হাৎখি জালুতপু, অমসুং অল্লাহনা পীখি মহাকপু বাদশাহী অমসুং মহৈ-মশিং, অমসুং তম্বিখি মহাকপু বিদ্যা-পুম্বা (অল্লাহ) মহাকনা অপাম্বা মতুংইন্না। অদুগা অল্লাহনা থত্তোকহন-বিরমদ্রবদি মী কাঙলুপ অমবু অতোপ্পা কাঙলুপ অমনা, পৃথিবীসি অমুক্তোয়না চরাং-খোইরাংনর-মগনি; তৌইগুম্বসুং অল্লাহদি থৌজালগী মপুনি মী পুম্নমক্তা।

২৫৩। পুম্নমকসি অল্লাহগী পাওজেল্নি ; ঐখোইনা লীদুনা তাহল্লি নংঙোন্দা অচুম্বতা : অমসুং তশেংবমক নংসু (অমনি) রসুলশিংগী মরক্তা।

تِلْكَ اٰيٰتُ اللّٰهِ نَتْلُوْهَا عَلَيْكَ بِالْحَقِّ ؕ وَاِنَّكَ لَمِنَ الْمُرْسَلِيْنَ ﴿۲۵۲﴾

সিপারহ ৩ ঃ তিলকর রুসুলু

২৫৪। রসুলশিংসি ঐখোইনা থাক কাহনবিখি মখোই খরবু অতে অতোপ্পগী মথক্তা। মখোইগী মরক্তা খরদা অল্লাহনা ৱা ঙাঙবিখি অমসুং মখোই খরবুনা মহাকনা ৱাংখৎহনবিখি থাক চাং নত্তুগা মগুণদা। অদুগা ঐখোইনা পীখি মরয়মগী মপারি ঈসাদা তশেংবা খুদমশিং অমসুং মপাঙ্গল হেনগৎ-হনবিখি মহাকপু লোয়নহনবিদুনা থরাই অশেংবা। অদুগা অল্লাহনা করিগুম্বা নীংলমলবদি, মখোইগী মতুংদা লাকখিবা (মী) শিংনা অমগা অমগা খৎন-চৈনরমলোই মখোইদা তশেংবা খুদমশিং লাকখ্রবদা : তৌইগুম্বসুং মখোই য়ানখিদে। মরম অদুনা মখোই খরনা অচুম্বা থাজখি অমসুং মখোই খরনা অচুম্বা থাজখিদে। অদুগা অল্লাহনা করিগুম্বা নীংলমলবদি, মখোই অমগা অমগা খৎন-চৈনরমলোই, তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা তৌই মহাকনা অপাম্বতা।

تِلْكَ الرُّسُلُ فَضَّلْنَا بَعْضَهُمْ عَلٰى بَعْضٍ ۘ مِنْهُمْ مَّنْ كَلَّمَ اللّٰهُ وَرَفَعَ بَعْضَهُمْ دَرَجٰتٍ ؕ وَاٰتَيْنَا عِيْسَى ابْنَ مَرْيَمَ الْبَيِّنٰتِ وَاَيَّدْنٰهُ بِرُوْحِ الْقُدُسِ ؕ وَلَوْ شَآءَ اللّٰهُ مَا اقْتَتَلَ الَّذِيْنَ مِنْۢ بَعْدِهِمْ مِّنْۢ بَعْدِ مَا جَآءَتْهُمُ الْبَيِّنٰتُ وَلٰكِنِ اخْتَلَفُوْا فَمِنْهُمْ مَّنْ اٰمَنَ وَمِنْهُمْ مَّنْ كَفَرَ ؕ وَلَوْ شَآءَ اللّٰهُ مَا اقْتَتَلُوْا ۟ وَلٰكِنَّ اللّٰهَ يَفْعَلُ مَا يُرِيْدُ ﴿۲۵۳﴾

৩৪ শুবা রুকূ

২৫৫। হে অচুম্বা থাজবশিং! (দান খরা) পীথোকও ঐখোইনা পীখিবা (লন-থুম) অদুদগী নখোইদা নুমিৎ অদু য়ৌরক্তরিঙৈগী মমাংদা— মদুদা মন্তিকনবা লৈরোই নত্তুগা মরূপ-মপিজাশিং (ফংলোই) নত্তুগা ৱা তাইশিন্নবগী থবকসু য়ারোই। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্মবশিংদু অরানবা তৌবনি (মশামক্তদা)।

يٰۤاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْۤا اَنْفِقُوْا مِمَّا رَزَقْنٰكُمْ مِّنْ قَبْلِ اَنْ يَّاْتِيَ يَوْمٌ لَّا بَيْعٌ فِيْهِ وَلَا خُلَّةٌ وَّلَا شَفَاعَةٌ ؕ وَالْكٰفِرُوْنَ هُمُ الظّٰلِمُوْنَ ﴿۲۵۴﴾

২৫৬। অল্লাহ নত্তবা চীঙু লাই কনা অমত্তা লৈতে, মহাক্তি মতম চুপ্পা হিংদুনতা লৈ, মতোম মশানা হিংজবনি অমসুং পুম্নমক্কী চিঙ্গাক হুনবনি। মহাক্তি তুমনীংবা ফাওদে নত্তুগা তুম্বসু লৈতে। মহাক্কীনি আসমানদা লৈরিবা খুদিংমক অমসুং

اَللّٰهُ لَاۤ اِلٰهَ اِلَّا هُوَ ۚ اَلْحَىُّ الْقَيُّوْمُ ۚ لَا تَاْخُذُهٗ سِنَةٌ وَّلَا نَوْمٌ ؕ لَهٗ مَا فِى السَّمٰوٰتِ وَمَا فِى الْاَرْضِ ؕ مَنْ

ذَا الَّذِي يَشْفَعُ عِندَهُ إِلَّا بِإِذْنِهِ ۚ يَعْلَمُ مَا بَيْنَ أَيْدِيهِمْ وَمَا خَلْفَهُمْ ۖ وَلَا يُحِيطُونَ بِشَيْءٍ مِّنْ عِلْمِهِ إِلَّا بِمَا شَاءَ ۚ وَسِعَ كُرْسِيُّهُ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضَ ۖ وَلَا يَئُودُهُ حِفْظُهُمَا ۚ وَهُوَ الْعَلِيُّ الْعَظِيمُ ۝

পৃথিবীদা লৈরিবা খুদিংমকসু। কনানা ঙমগনি হঙ্গংপা মঙোন্দা তাইশিন্নবগী রা মহাক্কী ময়াথং নত্তনা? মহাকনা খঙই মখোইগী মমাংদা (থৌরম মতৌ) লৈরিবসু অমসুং মখোইগী মতুংদা (থোরক্কদবগী) লৈরিবসু; অমসুং মখোইনা ঙমদে করিমতা খঙবা মহাক্কী বিজ্ঞানগী মরমদা মহাকনা চানবিবা অদু নত্তনা। অদুগা মহাক্কী জ্ঞানদি শন্দোক্লুনা লৈ আসমান অমসুং পৃথিবী (মকোয়) দা, অমসুং মখোইগী ঙাক-শেনবদা পোৎলুম করিসু ওইহন্দে মহাকপু; অমসুং মহাক্তি অরাং-নোংনিংথৌনি, খ্বাইদগী হেন্না অচৌবনি।

لَا إِكْرَاهَ فِي الدِّينِ ۖ قَد تَّبَيَّنَ الرُّشْدُ مِنَ الْغَيِّ ۚ فَمَن يَكْفُرْ بِالطَّاغُوتِ وَيُؤْمِن بِاللَّهِ فَقَدِ اسْتَمْسَكَ بِالْعُرْوَةِ الْوُثْقَىٰ لَا انفِصَامَ لَهَا ۗ وَاللَّهُ سَمِيعٌ عَلِيمٌ ۝

২৫৭। নমদুনা তৌহনবা লৈতে (ইসলাম) ধর্ম্মদা। তশেংবমক অচুম্বদি তোখায়-খায়দোকই অরানবদগী। মরম অসিনা কনাগুম্বনা থাজদ্রবা শৈতানবু অমসুং থাজরবদি অল্লাহবু, মহাকনা তশেংনমক পায়বনি খুৎপায়ফম চেৎনা, মদু (কদৌঙেদসু) নাথোকপা নাইদে। অদুগা অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

اللَّهُ وَلِيُّ الَّذِينَ آمَنُوا يُخْرِجُهُم مِّنَ الظُّلُمَاتِ إِلَى النُّورِ ۖ وَالَّذِينَ كَفَرُوا أَوْلِيَاؤُهُمُ الطَّاغُوتُ يُخْرِجُونَهُم مِّنَ النُّورِ إِلَى الظُّلُمَاتِ ۗ أُولَٰئِكَ أَصْحَابُ النَّارِ ۖ هُمْ فِيهَا خَالِدُونَ ۝

২৫৮। অল্লাহদি য়োকখৎপিবনি অচুম্বা থাজবশিংগী, মহাকনা পুথোকপিরকই মখোইবু অমম্বদগী মঙালদা। অদুগা লম্মুক্কবশিং—মখোইগী য়োকখৎলিবদি শৈতানশিংনি, মখোইনা পুথোরকই মখোইবু মঙালদগী অমম্বদা। মখোইসি মরূপশিংনি খাম্বি মৈগী; মদুগী মনুংদা মখোই অদুম লৈরগনি।

৩৫ শুবা রুকূ

أَلَمْ تَرَ إِلَى الَّذِي حَاجَّ إِبْرَاهِيمَ فِي رَبِّهِ أَنْ آتَاهُ اللَّهُ الْمُلْكَ إِذْ قَالَ إِبْرَاهِيمُ رَبِّيَ الَّذِي يُحْيِي وَيُمِيتُ قَالَ أَنَا أُحْيِي وَأُمِيتُ ۖ قَالَ إِبْرَاهِيمُ فَإِنَّ اللَّهَ يَأْتِي

২৫৯। নংবু তাখিদব্রা মহাক্কী-মহাকনা চীন্দাম্নখি ইব্রাহীমগা মহাক্কী মপুগী মরমদা, মরমদি অল্লাহনা (রাশক অমদা) পীখি মহাকপু নিংথৌ লৈবাক? মতমদুদা ইব্রাহীমনা হায়খিঃ "ঐগী মপুদি মহাকনি—মহাকনা হিংহল্লি অমসুং শিহল্লি,"

بِالشَّمْسِ مِنَ الْمَشْرِقِ فَأْتِ بِهَا مِنَ الْمَغْرِبِ فَبُهِتَ الَّذِي كَفَرَ ۗ وَاللَّهُ لَا يَهْدِي الْقَوْمَ الظَّالِمِينَ ﴿٢٥٨﴾

অদুদা মহাকনা পাওখুমখি ঃ "ঐসু ঙম্মি হিংহনবা নত্তগা শিহনবা।" ইব্রাহীমনা হায়খি ঃ "ফরে, অল্লাহনা থোকহল্লি নুমিৎ নোংপোকদগী, নং (অদুক ঙমলবদি) থোকহল্লু মদু নোংচুপদগী।" মদুদা লমফৈ-খোঙফম্নবদু চমম্নখি। অদুগা অল্লাহনা লমজিংবিদে অরানবা লম্বীনবা মীশিংবু।

أَوْ كَالَّذِي مَرَّ عَلَىٰ قَرْيَةٍ وَهِيَ خَاوِيَةٌ عَلَىٰ عُرُوشِهَا قَالَ أَنَّىٰ يُحْيِي هَٰذِهِ اللَّهُ بَعْدَ مَوْتِهَا ۖ فَأَمَاتَهُ اللَّهُ مِائَةَ عَامٍ ثُمَّ بَعَثَهُ ۖ قَالَ كَمْ لَبِثْتَ ۖ قَالَ لَبِثْتُ يَوْمًا أَوْ بَعْضَ يَوْمٍ ۖ قَالَ بَل لَّبِثْتَ مِائَةَ عَامٍ فَانظُرْ إِلَىٰ طَعَامِكَ وَشَرَابِكَ لَمْ يَتَسَنَّهْ ۖ وَانظُرْ إِلَىٰ حِمَارِكَ وَلِنَجْعَلَكَ آيَةً لِّلنَّاسِ ۖ وَانظُرْ إِلَى الْعِظَامِ كَيْفَ نُنشِزُهَا ثُمَّ نَكْسُوهَا لَحْمًا ۚ فَلَمَّا تَبَيَّنَ لَهُ قَالَ أَعْلَمُ أَنَّ اللَّهَ عَلَىٰ كُلِّ شَيْءٍ قَدِيرٌ ﴿٢٥٩﴾

২৬০। নত্তগা মহাকগুম্বা অমগী—মহাকনা চৎখি শহর অমদা অমসুং মদু মাঙ-তাকহনখিরম্মী। অদুদা মহাকনা হায়খি ঃ "করম্বা মতমদা অল্লাহনা হিংগৎহনবিগদৌরিবা মসিবু তুম্না মাঙ-তাকহনবিখ্রবদা ?" মরম অদুনা অল্লাহনা শিহনবিখি মহাকপু চহি চামা, অদুগী তুংদা হিংগৎহনবিখি মহাকপু, অমসুং হায়বিখি ঃ "নং কয়া কুইনা লৈরম্বগে (ফিবম অসিদা) ?" মহাকনা পাওখুমখি ঃ "ঐ লৈরম্মী নুমিৎ অমদং নত্তগা নুমিৎ অমগী শরুক অমা।" অল্লাহনা হায়বিখি ঃ "নত্তে, নং লৈরমখ্রে চহি চামা (ফিবম অসিদা। হৌজিক য়েংউ নংগী চানবা অমসুং থক্নবা পোৎ—মখোই পুমথদরি। অদুগা য়েঙউ নংগী গাধাদা! অমসুং ঐখোইনা শেম্বিনবা নংবু খুদম অমা ওইনা মীওইবশিংদা। অদুগা য়েংউ শরূ-শয়াংশিং অসিদা, করম্না ঐখোইনা পানশিনবা মখোইবু পুল্লপ্পা অমসুং কুপশিনবা মখোইবু শদোংনা।" অদুগা মহাকনা তশেংনা খঙলবদা মসি, মহাকনা হায়খি ঃ "ঐনা খঙজরে অল্লাহদি শক্তি লৈ পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।"

وَإِذْ قَالَ إِبْرَاهِيمُ رَبِّ أَرِنِي كَيْفَ تُحْيِي الْمَوْتَىٰ ۖ قَالَ أَوَلَمْ تُؤْمِن ۖ قَالَ بَلَىٰ وَلَٰكِن لِّيَطْمَئِنَّ قَلْبِي ۖ قَالَ فَخُذْ أَرْبَعَةً مِّنَ الطَّيْرِ فَصُرْهُنَّ إِلَيْكَ ثُمَّ اجْعَلْ عَلَىٰ كُلِّ جَبَلٍ مِّنْهُنَّ جُزْءًا ثُمَّ ادْعُهُنَّ يَأْتِينَكَ

২৬১। অদুগা (নীংশিঙঙু) ইব্রাহীমনা হায়খি ঃ "ঐগী মপুও! ঐবু উহম্নবিয়ু করম্না নহাকনা হিংগৎহনবা অশিববু।" অল্লাহনা হায়বিখি ঃ "নংবু থাজদরিব্রা ?" মহাকনা হঙ্গৎচখি ঃ "হোই, তৌইগুম্বসুং (ঐনা হঙ্গৎচরি) ঐগী থম্মোইনা পোখাবা ফংজনবা।" অল্লাহনা হায়বিখি ঃ "নং লৌরো চেকলা উচেক মরি অমসুং তেহল্লু নংঙোন্দা

سَعْيًا ۚ وَاعْلَمْ أَنَّ اللَّهَ عَزِيزٌ حَكِيمٌ ﴿٢٦٠﴾

কোয়ইন-ইন্ননবা। অদুগী তুংদা থম্মু মখোই অমমম (পুরগা) চীং অমমমদা ; মতমদুদা (নং) কৌ মখোইবু ; মখোই থুনা পাইরক্কনি নংঙোন্দা। অদুগা খঙু অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

৩৬ শুবা রুকূ

مَثَلُ الَّذِينَ يُنفِقُونَ أَمْوَالَهُمْ فِي سَبِيلِ اللَّهِ كَمَثَلِ حَبَّةٍ أَنبَتَتْ سَبْعَ سَنَابِلَ فِي كُلِّ سُنبُلَةٍ مِّائَةُ حَبَّةٍ ۗ وَاللَّهُ يُضَاعِفُ لِمَن يَشَاءُ ۗ وَاللَّهُ وَاسِعٌ عَلِيمٌ ﴿٢٦١﴾

২৬২। অল্লাহগী লম্বীদা মরন-মথুম খরচ তৌবা মখোইদুগী মান্নবগী পান্দমদি অসিগুম্বনি ঃ মহে-মরোং মরু অমা (হুনব) না মকা তরেৎ লোংবা (পাম্বী) হৌই অমসুং মকা খুদিংদা মরু চামা (গী চরোং) পাল্লি। অদুগা অল্লাহনা চাওখৎহল্লি মহাকনা চানবিবা (মতিকচাবা) শিংগী। অদুগা অল্লাহদি পীন-হালেঙদবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

الَّذِينَ يُنفِقُونَ أَمْوَالَهُمْ فِي سَبِيلِ اللَّهِ ثُمَّ لَا يُتْبِعُونَ مَا أَنفَقُوا مَنًّا وَلَا أَذًى ۙ لَّهُمْ أَجْرُهُمْ عِندَ رَبِّهِمْ وَلَا خَوْفٌ عَلَيْهِمْ وَلَا هُمْ يَحْزَنُونَ ﴿٢٦٢﴾

২৬৩। অল্লাহগী লম্বীদা মরন-মথুম পীথোকপা মখোইদু, মখোইনা পীথোকখিবা অদুগী তুংদা পাওহঞ্জদে নত্তগা মথম্মোই শোকহন্দে, মখোই ফংগনি মনা-মথিন মখোইগী মপুগী মনাক্তা ; অমসুং মখোই করিসু কিনঙাই লৈতে নত্তগা রানঙাইসু থোক্তে।

قَوْلٌ مَّعْرُوفٌ وَمَغْفِرَةٌ خَيْرٌ مِّن صَدَقَةٍ يَتْبَعُهَا أَذًى ۗ وَاللَّهُ غَنِيٌّ حَلِيمٌ ﴿٢٦٣﴾

২৬৪। ফজবা রাহে-রাতা অমসুং ঙাকপিবনা হেন্না ফৈ দান পীরগা পাওহঞ্জদুনা (মীগী) থম্মোই শোকহনবদগী। অদুগা অল্লাহদি অরাৎ-অপা লৈতবনি, খাংবিহৈবনি।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا لَا تُبْطِلُوا صَدَقَاتِكُم بِالْمَنِّ وَالْأَذَىٰ كَالَّذِي يُنفِقُ مَالَهُ رِئَاءَ النَّاسِ وَلَا يُؤْمِنُ بِاللَّهِ وَالْيَوْمِ الْآخِرِ ۖ فَمَثَلُهُ كَمَثَلِ صَفْوَانٍ عَلَيْهِ تُرَابٌ فَأَصَابَهُ وَابِلٌ فَتَرَكَهُ صَلْدًا ۖ لَّا

২৬৫। হে অচুম্বা থাজবশিং! অরেমখাক তাহনগনু নখোইগী দানবু পাওহঞ্জদুনা নত্তগা (মীগী) থম্মোই শোকহন্দুনা অদুগুম্বা মীগী মতৌগুম্না—মহাকনা পীথোকই মরন-মথুম মীশিংনা উননবগী, তৌইগুম্বসুং মহাকনা থাজদে অল্লাহবু অমসুং অরোয়বা নুমিৎপু। মরম অদুনা মহাক্কা মান্নবগী পান্দমদি লৈবাক (লৈরোন পানা) লৈবা চীংলুকোক অমদা, মদুগী মথক্তা নোং অকনবা

يَقْدِرُونَ عَلَىٰ شَيْءٍ مِّمَّا كَسَبُوا ۗ وَاللَّهُ لَا يَهْدِي الْقَوْمَ الْكَافِرِينَ ﴿٢٦٤﴾

হৈথরকপদা মদু শৃং নাল্লি। মখোইনা তৌরিবা (দান) অদুগী কান্নবা করিসু ফংলোই। অদুগা অল্লাহনা লমজিংবিদে লমফৈ-খোঙফম্নবা মীশিংবু।

وَمَثَلُ الَّذِينَ يُنفِقُونَ أَمْوَالَهُمُ ابْتِغَاءَ مَرْضَاتِ اللَّهِ وَتَثْبِيتًا مِّنْ أَنفُسِهِمْ كَمَثَلِ جَنَّةٍ بِرَبْوَةٍ أَصَابَهَا وَابِلٌ فَآتَتْ أُكُلَهَا ضِعْفَيْنِ فَإِن لَّمْ يُصِبْهَا وَابِلٌ فَطَلٌّ ۗ وَاللَّهُ بِمَا تَعْمَلُونَ بَصِيرٌ ﴿٢٦٥﴾

২৬৬। অদুগা য়ারম মতৌ অমদি অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা অল্লাহগী য়াবিবা ফংনবা হোংনবগী অমসুং কনখৎহন্নবগী মখোইগী মথরাইশিংবু মরন-মথুম (দান) পীথোকপগী মান্নবা পান্দমদি অয়াংবা লমদা লৈবা হৈকোন-লৈকোনগুম্বনি, মদুগী মথক্তা নোং অকনবা চুবদা মহৈ শরুক অনি থোকই; অমসুং নোং কন্না চুদ্রবসু হায়ফেত্তং খিকপিরবদি ওকলে। অদুগা অল্লাহনা উই নখোইনা তৌরিবা-পুম্বা।

أَيَوَدُّ أَحَدُكُمْ أَن تَكُونَ لَهُ جَنَّةٌ مِّن نَّخِيلٍ وَأَعْنَابٍ تَجْرِي مِن تَحْتِهَا الْأَنْهَارُ لَهُ فِيهَا مِن كُلِّ الثَّمَرَاتِ وَأَصَابَهُ الْكِبَرُ وَلَهُ ذُرِّيَّةٌ ضُعَفَاءُ فَأَصَابَهَا إِعْصَارٌ فِيهِ نَارٌ فَاحْتَرَقَتْ ۗ كَذَٰلِكَ يُبَيِّنُ اللَّهُ لَكُمُ الْآيَاتِ لَعَلَّكُمْ تَتَفَكَّرُونَ ﴿٢٦٦﴾ ع

২৬৭। নখোই কনাগুম্বনা পাম্ব্রা বাগান অমা লৈবা খজুর অমসুং অঙ্গুরগী—মদুগী মখাদা লাইজ্যু ঈখোংশিং চেনবা, উহৈশিং মখল শুনা ফংবা, তৌই গুম্বসুং (হৈকোন মপু) মহাক্তি অহল ওইশিল্লকখ্রে অমসুং মহাক্কী মচাশিং-শোল্লি; মতাং অদুদা মৈ পুবা নুংশিৎ নোংলৈ অমনা থোমগায়বিদুনা (লৈমায় খোন্না) চাকথোকপিখ্রে মদু। অসুম্না অল্লাহনা তশেংনা খঙহল্লি নখোইবু মহাক্কী পাওজেনশিং অদুনা নখোইনা য়াখল তৌজনবা।

৩৭ শুবা রুকূ

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا أَنفِقُوا مِن طَيِّبَاتِ مَا كَسَبْتُمْ وَمِمَّا أَخْرَجْنَا لَكُم مِّنَ الْأَرْضِ ۖ وَلَا تَيَمَّمُوا الْخَبِيثَ مِنْهُ تُنفِقُونَ وَلَسْتُم بِآخِذِيهِ إِلَّا أَن تُغْمِضُوا فِيهِ ۚ وَاعْلَمُوا أَنَّ اللَّهَ غَنِيٌّ حَمِيدٌ ﴿٢٦٧﴾

২৬৮। হে অচুম্বা থাজবশিং! খরচ তৌ অফবা পোৎশিং নখোইনা কমায় তৌবদগী অমসুং ঐখোইনা থোকহনখিবদগী নখোইগীদমক্তা লৈবাক্তগী, অমসুং পীগে নীংগনু ফত্তবা মদুদগী, (মদু নখোইদা করিগুম্বা পীরবদি) নখোই নশামক্না লৌনীংদবতা নত্তনা উশিন্নরোই মদু। অদুগা খঙজু অল্লাহদি অয়াং-অপা লৈতবনি, থাগৎপদা থোইদোক্লা মতিক চাবনি।

২৬৯। শৈতান্না কিহল্লি নখোইবু লাইরবা তানগনি হায়না অমসুং য়াথংনবি নখোইবু অচোম্পা. তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা রাশকপিরি নখোইদা মহাক্কী ঙাকপিবা অমসুং মরাং কায়বা। অদুগা অল্লাহদি পীন-হালেঙদবনি. পুংখঙ-খঙবনি।

الشَّيْطَٰنُ يَعِدُكُمُ الْفَقْرَ وَيَأْمُرُكُم بِالْفَحْشَاءِ ۖ وَاللَّهُ يَعِدُكُم مَّغْفِرَةً مِّنْهُ وَفَضْلًا ۗ وَاللَّهُ وَاسِعٌ عَلِيمٌ ﴿٢٦٨﴾

২৭০। মহাকনা পীবি মহৈ-মশিং মহাকনা চানবিবা (মতিক চাব) শিংদা. অমসুং কনাগুম্বদা মহৈ-মশিং পীনরবদি তশেংবমক পীবিরে অফবা মরাংকায়না। অদুগা কনানসু রাখল তৌদে জ্ঞান চৈরোইনবা মীশিংদু নত্তনা।

يُؤْتِي الْحِكْمَةَ مَن يَشَاءُ ۚ وَمَن يُؤْتَ الْحِكْمَةَ فَقَدْ أُوتِيَ خَيْرًا كَثِيرًا ۗ وَمَا يَذَّكَّرُ إِلَّا أُولُو الْأَلْبَابِ ﴿٢٦٩﴾

২৭১। অদুগা নখোইনা তৌবা চাদিংমখে নত্তগা রাশক তৌবা রাশক মখে অল্লাহনা তশেংনমক খঙই; অমসুং অরানবা লম্বীনবশিংগী লৈংরোই তেংবাংবিনবা কনা অমতা।

وَمَا أَنفَقْتُم مِّن نَّفَقَةٍ أَوْ نَذَرْتُم مِّن نَّذْرٍ فَإِنَّ اللَّهَ يَعْلَمُهُ ۗ وَمَا لِلظَّالِمِينَ مِنْ أَنصَارٍ ﴿٢٧٠﴾

২৭২। নখোইনা পীরবদি দান ফোংনা. কয়াদা ফত্রবা মসি! তৌইগুম্বসুং মদু নখোইনা লোংশিল্লবদি অমসুং পীরবদি লাইর-চুথবদা. মদু নখোইগী হেন্না ফনঙাইনি। অদুগা মহাকনা লৌ-থোকপিগনি নখোইদগী ফত্তবা থবক খরা। অদুগা অল্লাহদি খবররলানি নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

إِن تُبْدُوا الصَّدَقَاتِ فَنِعِمَّا هِيَ ۖ وَإِن تُخْفُوهَا وَتُؤْتُوهَا الْفُقَرَاءَ فَهُوَ خَيْرٌ لَّكُمْ ۚ وَيُكَفِّرُ عَنكُم مِّن سَيِّئَاتِكُمْ ۗ وَاللَّهُ بِمَا تَعْمَلُونَ خَبِيرٌ ﴿٢٧١﴾

২৭৩। নংগী দায়ী নত্তে মখোইবু অচুম্বা লম্বী খোঙফম্নহনবা. তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা লমজিংবি মহাকনা অপাম্বা (মতিক চাব) শিংবু। অদুগা নখোইনা অফবা চাদিং তৌবমখে নখোইগী থরাইগী য়াইফনিঙঙাইনি. অদুনা নখোই চাদিং তৌগনু অল্লাহগী য়াবিবা ফংনবা (মরম) গী নত্তনা। অদুগা নখোইনা চাদিং তৌবা লন-থুমপুম্বগী মহৈ পীবিগনি অমসুং নখোইবু চুমদনা তৌবিরোই।

لَّيْسَ عَلَيْكَ هُدَاهُمْ وَلَٰكِنَّ اللَّهَ يَهْدِي مَن يَشَاءُ ۗ وَمَا تُنفِقُوا مِنْ خَيْرٍ فَلِأَنفُسِكُمْ ۚ وَمَا تُنفِقُونَ إِلَّا ابْتِغَاءَ وَجْهِ اللَّهِ ۚ وَمَا تُنفِقُوا مِنْ خَيْرٍ يُوَفَّ إِلَيْكُمْ وَأَنتُمْ لَا تُظْلَمُونَ ﴿٢٧٢﴾

২৭৪। (দান হায়বসি) লাইরবশিংগী দমকনি মখোইদু থবক তৌরিবনি অল্লাহগী লম্বীদা, মখোই লম চখোকপা ঙমদে। (তৌইগুম্বসুং) খঙবা-রাৎপা মীশিংনা খল্লি মখোইবু অরাৎপা লৈতবনি

لِلْفُقَرَاءِ الَّذِينَ أُحْصِرُوا فِي سَبِيلِ اللَّهِ لَا يَسْتَطِيعُونَ ضَرْبًا فِي الْأَرْضِ يَحْسَبُهُمُ الْجَاهِلُ أَغْنِيَاءَ مِنَ

التَّعَفُّفِ تَعْرِفُهُمْ بِسِيمَاهُمْ لَا يَسْأَلُونَ النَّاسَ إِلْحَافًا ۗ وَمَا تُنْفِقُوا مِنْ خَيْرٍ فَإِنَّ اللَّهَ بِهِ عَلِيمٌ ﴿٢٧٣﴾

হায়না মরমদি মখোই মমায় ওথোকই (হায়জ-নীজবদগী)। নংনা ঙমগনি মশক খঙবা মখোইবু মখোইগী চেংলৌ মায়থোংদগী; মখোইদু তহা-তহা নীদে মীশিংদা। অদুগা নখোইনা লন-থুম খরচ তৌবমখে, অল্লাহনা তশেংবমক খঙবনি মদুগী।

৩৮ শুবা রুকূ

اَلَّذِينَ يُنْفِقُونَ أَمْوَالَهُمْ بِاللَّيْلِ وَالنَّهَارِ سِرًّا وَعَلَانِيَةً فَلَهُمْ أَجْرُهُمْ عِنْدَ رَبِّهِمْ وَلَا خَوْفٌ عَلَيْهِمْ وَلَا هُمْ يَحْزَنُونَ ﴿٢٧٤﴾

২৭৫। অদুগুম্বা মীওইশিং খরচ তৌরিবদু মখোইগী মরন-মথুম অহিংদা অমসুং নুংথিলদা, লোৎনা অমসুং ফোংনা, ফংগনি মখোইগী মনা-মথিন মখোইগী মপুগী মনাক্তা; অমসুং মখোই করিসু কিনঙাই লৈতে নত্ত্রগা রানঙাইসু থোক্তে।

اَلَّذِينَ يَأْكُلُونَ الرِّبَا لَا يَقُومُونَ إِلَّا كَمَا يَقُومُ الَّذِي يَتَخَبَّطُهُ الشَّيْطَانُ مِنَ الْمَسِّ ۚ ذَٰلِكَ بِأَنَّهُمْ قَالُوا إِنَّمَا الْبَيْعُ مِثْلُ الرِّبَا ۗ وَأَحَلَّ اللَّهُ الْبَيْعَ وَحَرَّمَ الرِّبَا ۚ فَمَنْ جَاءَهُ مَوْعِظَةٌ مِنْ رَبِّهِ فَانْتَهَىٰ فَلَهُ مَا سَلَفَ وَأَمْرُهُ إِلَى اللَّهِ ۖ وَمَنْ عَادَ فَأُولَٰئِكَ أَصْحَابُ النَّارِ ۖ هُمْ فِيهَا خَالِدُونَ ﴿٢٧٥﴾

২৭৬। শেংথোই চাবশিংদু হৌগৎপা ঙমদে শৈতান্না শোক্নুনা শোকচং-ঙাওজংনত্রবগী মতৌগুম্না হৌগৎপা নত্তনা। মদু (মখোইদা থোকপ) গী মরমদি মখোইনা হায়ঃ "লল্লোনবসি শেংথোই লৌবগা মান্নে।" তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা 'হলাল' ওইহল্লি লল্লোনববু অমসুং 'হরাম' ওইহল্লি শেংথোইবু। মরম অদুনা কনাগুম্বনা পাওতাকসি ফংলবা মতুংদা মহাক্কী মপুদগী মহাকনা (শেংথোই চাবা) তোকলবদি (ফরে); অদু ওইরবদি, মমাংঙৈ মহাকনা লৌখিবা অদু মহাক্কীনি; অমসুং মহাক্কী থৌ-রাদি অল্লাহগী মখুত্তা লৈরে। অদুগা কনাগুম্বনা হনজল্লবদি মদুদা, মখোই ওইরে মরূপশিং খাম্বি মৈগীঃ মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগনি।

يَمْحَقُ اللَّهُ الرِّبَا وَيُرْبِي الصَّدَقَاتِ ۗ وَاللَّهُ لَا يُحِبُّ كُلَّ كَفَّارٍ أَثِيمٍ ﴿٢٧٦﴾

২৭৭। অল্লাহনা উঠাইবি শেংথোইবু অমসুং চাওখৎহনবি দানবু। অদুগা অল্লাহনা নুংশিবিদে মরা তারবা হায়বা ইন্দবা পাপীবু।

إِنَّ الَّذِينَ آمَنُوا وَعَمِلُوا الصَّالِحَاتِ وَأَقَامُوا الصَّلَاةَ

২৭৮। থাজ্জৈশেংবমক অচুম্বা থাজবশিং অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনবা অমসুং নমাজ তেক্কবা অমসুং জকাত পীবা মখোইদু ফংগনি মখোইগী

মনা-মথিন মখোইগী মপুগী মনাক্তা; অমসুং মখোই করিসু কিনঙাই লৈতে নত্তগা রানঙাইসু থোক্তে।

وَاٰتَوُا الزَّكٰوةَ لَهُمْ اَجْرُهُمْ عِنْدَ رَبِّهِمْ ۚ وَلَا خَوْفٌ عَلَيْهِمْ وَلَا هُمْ يَحْزَنُوْنَ ۝

২৭৯। হে অচুম্বা থাজবশিং! অল্লাহবু কিয়ু অমসুং থাদোকও শেংথোই বাকী (হান্না লৌরিঙৈগী লৈহৌবদু), নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা থাজবশিং।

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوا اتَّقُوا اللّٰهَ وَذَرُوْا مَا بَقِيَ مِنَ الرِّبٰوٓا اِنْ كُنْتُمْ مُّؤْمِنِيْنَ ۝

২৮০। তৌইগুম্বসুং নখোইনা তৌদ্রবদি (মদু), চেকশল্লু লান (থেংননবা) অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলদগী; অদুবু নখোইনা করি নুংগী তৌরুবনো হায়না নুংনাংবা ফোংদোকচরবদি, অদুগী মতমদা নখোই ফংবা য়াগনি নখোইগী শেল্লেপ। (অসুম্না) জুলম তৌগনু অমসুং নখোইবুসু জুলম তৌবিরোই।

فَاِنْ لَّمْ تَفْعَلُوْا فَاْذَنُوْا بِحَرْبٍ مِّنَ اللّٰهِ وَرَسُوْلِهٖ ۚ وَاِنْ تُبْتُمْ فَلَكُمْ رُءُوْسُ اَمْوَالِكُمْ ۚ لَا تَظْلِمُوْنَ وَلَا تُظْلَمُوْنَ ۝

২৮১। অদুগা (শেল তোল্লিবা মীনা) রা-নংলবদি, ঙাইবিয়ু মহাক্কী ফিবম ফগৎলক্তরিবা ফাওবা (শেন্দোন শিংগৎলক্লবগী)। অদুবু নখোইনা (তোল্লিবা শেল অদু) কোকপিরবদি নখোইগী হেন্না অফবনি, নখোইনা করিগুম্বা খঙলমলবদি।

وَاِنْ كَانَ ذُوْ عُسْرَةٍ فَنَظِرَةٌ اِلٰى مَيْسَرَةٍ ۚ وَاَنْ تَصَدَّقُوْا خَيْرٌ لَّكُمْ اِنْ كُنْتُمْ تَعْلَمُوْنَ ۝

২৮২। অদুগা কিয়ু কোরৌ নোংজাদু মতম অদুদা নখোইবু হনজিনহনবিগনি অল্লাহদা; মতমদুদা থরাই খুদিংদা পীবিগনি (মহৈ) পুরা-পুরা মাগী-মাগী তৌজমল মতিক অমসুং মখোইবু চুমদনা খক তৌবিরোই।

وَاتَّقُوْا يَوْمًا تُرْجَعُوْنَ فِيْهِ اِلَى اللّٰهِ ۗ ثُمَّ تُوَفّٰى كُلُّ نَفْسٍ مَّا كَسَبَتْ وَهُمْ لَا يُظْلَمُوْنَ ۝

৩৯ শুবা রুকূ

২৮৩। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোইনা শেল-থুম পুথোক-পুশিন তৌনবদা অমনা অমদগী অরেম্পা মতম অমগীদমক, চে-ইনৌ। অদুগা অইবা মী অমবু ইহল্লু মদু (শেল পীন-লৌনরিবা) নখোইগী নমাংদা অচুম্বা মওংদা; অমসুং অইবা মীনা ইদবা তৌরোইদবনি, মরমদি অল্লাহনা তম্বিখ্রে মহাকপু (ইবগী মহৈ), মরম অদুনা মহাকপু ইহল্লু; অমসুং শেল পুরিবা মী অদুবু হায়হল্লু ইননবা মরোল অমসুং মহাকনা কিগদবনি মহাক্কী মপু অল্লাহবু অমসুং মহাক করিমতা হংথনা হায়রোইদবনি।

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْٓا اِذَا تَدَايَنْتُمْ بِدَيْنٍ اِلٰٓى اَجَلٍ مُّسَمًّى فَاكْتُبُوْهُ ۗ وَلْيَكْتُبْ بَّيْنَكُمْ كَاتِبٌۢ بِالْعَدْلِ ۖ وَلَا يَاْبَ كَاتِبٌ اَنْ يَّكْتُبَ كَمَا عَلَّمَهُ اللّٰهُ فَلْيَكْتُبْ ۚ وَلْيُمْلِلِ الَّذِيْ عَلَيْهِ الْحَقُّ وَلْيَتَّقِ اللّٰهَ رَبَّهٗ وَلَا يَبْخَسْ مِنْهُ شَيْـًٔا ۗ فَاِنْ كَانَ الَّذِيْ عَلَيْهِ الْحَقُّ سَفِيْهًا اَوْ ضَعِيْفًا اَوْ لَا يَسْتَطِيْعُ اَنْ يُّمِلَّ هُوَ فَلْيُمْلِلْ

وَلِيُّهٗ بِالْعَدْلِ ۭ وَاسْتَشْهِدُوْا شَهِيْدَيْنِ مِنْ رِّجَالِكُمْ ۚ
فَاِنْ لَّمْ يَكُوْنَا رَجُلَيْنِ فَرَجُلٌ وَّامْرَاَتٰنِ مِمَّنْ تَرْضَوْنَ
مِنَ الشُّهَدَاۗءِ اَنْ تَضِلَّ اِحْدٰىهُمَا فَتُذَكِّرَ اِحْدٰىهُمَا
الْاُخْرٰى ۭ وَلَا يَاْبَ الشُّهَدَاۗءُ اِذَا مَا دُعُوْا ۭ وَلَا تَسْــَٔـــمُوْٓا
اَنْ تَكْتُبُوْهُ صَغِيْرًا اَوْ كَبِيْرًا اِلٰٓى اَجَلِهٖ ۭ ذٰلِكُمْ اَقْسَطُ
عِنْدَ اللّٰهِ وَاَقْوَمُ لِلشَّهَادَةِ وَاَدْنٰٓى اَلَّا تَرْتَابُوْٓا اِلَّآ اَنْ
تَكُوْنَ تِجَارَةً حَاضِرَةً تُدِيْرُوْنَهَا بَيْنَكُمْ فَلَيْسَ عَلَيْكُمْ
جُنَاحٌ اَلَّا تَكْتُبُوْهَا ۭ وَاَشْهِدُوْٓا اِذَا تَبَايَعْتُمْ ۠ وَلَا
يُضَاۗرَّ كَاتِبٌ وَّلَا شَهِيْدٌ ڛ وَاِنْ تَفْعَلُوْا فَاِنَّهٗ فُسُوْقٌۢ
بِكُمْ ۭ وَاتَّقُوا اللّٰهَ ۭ وَيُعَلِّمُكُمُ اللّٰهُ ۭ وَاللّٰهُ بِكُلِّ شَيْءٍ
عَلِيْمٌ ۝282

তৌইগুম্বসুং শেল পুরিবা মী অদুনা জ্ঞান ৱাৎপা নত্ত্রগা অশোনবা ওইরবা নত্ত্রগা (দলিলগী) মরোল হায়বা ঙমদ্রবদি, মহাক্কী মীহুৎনা ইননবা হায়সনু অচুম্বা মওংদা। অদুগা নখোইগী মরক্তগী নিপা অনি সাক্ষী ওইহল্লু: তৌইগুম্বসুং নিপা অনি থিবা ফংদ্রবদি, নিপা অমগা অমসুং নুপী অনিগা নখোইনা অপাম্বা মতুংইন্না খল্লগা সাক্ষী ওইহল্লু, অদুনা (নুপী) অনিদুগী মরক্তা অমনা করিগুম্বা লানখ্রবসু, অমনা নীংশিঙনবা তাতোপ্পদুবু। অদুগা সাক্ষীশিং কৌরকপদা য়াদবা তৌরেৌই-দবনি। অদুগা চে ইনবদা নীংঙাইদবা তৌগনু (পুথোকপা শেল) পিকলবসু নত্ত্রগা চাওরবসু— শেল শিংবগী (অরেপ্পা) মতমসু (হাপও)। মসি হেন্না চুম্বগী মতৌনি অল্লাহগী মিৎয়েংদা অমসুং সাক্ষীগী মওংসু শোয়দ্রবনি অমসুং নখোইগী চিংনবা কোকনিঙঙাইসুনি; নত্তনা লল্লোন পোৎশিং খুৎথেংননা আপসদা লেন-দেন তৌনবা ওইরবদি, দোশ করিসু লৈতে চে ইনলবগী। অদুগা সাক্ষী থম্মু নখোইনা য়োনবদা অমনা অমদা; অমসুং অমাঙবা পীগনু অইবা মীদা নত্ত্রগা সাক্ষীদা। অদুম ওইনমক, নখোইনা তৌরবদি, তশেংবমক নখোই পাপ তৌবনি। অদুগা অল্লাহবু কিয়ু, করিনা হায়ববু অল্লাহনা তাকপি-তম্বি নখোইবু অমসুং অল্লাহদি খঙবনি পোৎ পুম্নমক।

وَاِنْ كُنْتُمْ عَلٰي سَفَرٍ وَّلَمْ تَجِدُوْا كَاتِبًا فَرِھٰنٌ
مَّقْبُوْضَةٌ ۭ فَاِنْ اَمِنَ بَعْضُكُمْ بَعْضًا فَلْيُؤَدِّ الَّذِي
اؤْتُمِنَ اَمَانَتَهٗ وَلْيَتَّقِ اللّٰهَ رَبَّهٗ ۭ وَلَا تَكْتُمُوا الشَّهَادَةَ ۭ
وَمَنْ يَّكْتُمْهَا فَاِنَّهٗٓ اٰثِمٌ قَلْبُهٗ ۭ وَاللّٰهُ بِمَا تَعْمَلُوْنَ
عَلِيْمٌ ۝283 ع ٣٩

২৮৪। অদুগা নখোইনা করিগুম্বা লংফৈ চৎলবদি অমসুং ফংদ্রবদি অইবা মী, লৌশিল্লু বন্ধক অমা নখুত্তা। তৌইগুম্বসুং নখোই অমনা অমবু থাজনরবদি, পোৎ শীন্নদুনা থমলিবা মীনা শীন্নরমলিবা মীদা অমুকহন্না পীখো অমসুং মহাকনা কিগদবনি মহাক্কী মপু অল্লাহবু। অদুগা সাক্ষী লোৎশনগনু: মরমদি কনাগুম্বনা লোৎশল্ল-বদি মদু, মহাক্কী থম্মোইদু তশেংনমক পাপ চেনবনি অমসুং অল্লাহনা মুন্না খঙই নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

৪০ শুবা রুকূ

২৮৫। অল্লাহগীনি আসমানদা লৈরিবা-পুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা-পুম্বা ; অমসুং নখোইনা ফোংদোকলবসু নখোইগী নপুকনিংশিংদা লৈবদু নত্তুগা লোংশল্লবসু মদু, অল্লাহনা হিসাব লৌবিগনি নখোইবু মদুগীদমক। মরম অদুনা মহাকনা কোকপি মহাকনা চানবিবা (মতিক চাব) শিংবু অমসুং চৈরাক থাবি মহাকনা থাবিনীংবা (মতিক-থোকপ) শিংবু। অদুগা অল্লাহদি শক্তি লৈ পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

لِلّٰهِ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَمَا فِي الْاَرْضِ ۗ وَاِنْ تُبْدُوْا مَا فِيْٓ اَنْفُسِكُمْ اَوْ تُخْفُوْهُ يُحَاسِبْكُمْ بِهِ اللّٰهُ ۗ فَيَغْفِرُ لِمَنْ يَّشَآءُ وَيُعَذِّبُ مَنْ يَّشَآءُ ۗ وَاللّٰهُ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيْرٌ ۝

২৮৬। রসুল (মুহম্মদ) না থাজে মাঙোন্দা ফোংদোকপিরকখিবদু মহাক্কী মপুদগী অমসুং (মতৌ অদুম্না থাজে) অচুম্বা থাজবশিংনা। মখোই পুম্নমক্না থাজে অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী ফরিশতহ-শিংবু অমসুং মহাক্কী কিতাবশিংবু অমসুং মহাক্কী রসুলশিংবু (অসি হায়দুনা ঃ) "ঐখোইনা তৌদে খন্দোক-খায়দোকপা কনামতবু মহাক্কী রসুল-শিংগী মরক্তা।" অদুগা মখোইনা হায় ঃ "ঐখোইনা তাজরে (নহাক্কী পাওজেলশিং) অমসুং ঐখোইনা ইনজরে (নহাক্কী লমজিং) ; (ঐখোইনা নীজরি) নহাক্কী কোকপিবা, ঐখোইগী মপুও! অমসুং নংঙোন্দা হনজনফমনি (ঐখোই পুম্নমক্কী)।

اٰمَنَ الرَّسُوْلُ بِمَآ اُنْزِلَ اِلَيْهِ مِنْ رَّبِّهٖ وَالْمُؤْمِنُوْنَ ۗ كُلٌّ اٰمَنَ بِاللّٰهِ وَمَلٰٓئِكَتِهٖ وَكُتُبِهٖ وَرُسُلِهٖ ۗ لَا نُفَرِّقُ بَيْنَ اَحَدٍ مِّنْ رُّسُلِهٖ ۗ وَقَالُوْا سَمِعْنَا وَاَطَعْنَا ۗ غُفْرَانَكَ رَبَّنَا وَاِلَيْكَ الْمَصِيْرُ ۝

২৮৭। অল্লাহনা পোৎলুম পুহনবিদে থরাই কনা অমতবু মাগী ঙম্বা মঙমদগী হেন্দোক্না। মা ফংগনি (মহৈ) মানা কমায়বগী, অমসুং মা ফংগনি (চৈরাক) মানা (ফত্তবা) তৌবগী। (ধর্ম্ম ফম্বৈনবশিংনা নীজে ঃ) ঐখোইগী মপুও! চৈরাক থাবিগনু ঐখোইবু, করিগুম্বা ঐখোইনা অকাওবা শরুক্লখ্রবসু নত্তুগা অরানবা খোঙফম্নখ্রবসু ঃ ঐখোইগী মপুও! থোনগৎপিগনু (পাপকী) পোৎলুম ঐখোইগী ইথক্তা নহাকনা থোনগৎ-পিখিবগুম ঐখোইগী মাংদা লৈরম্বা (মীরোন)

لَا يُكَلِّفُ اللّٰهُ نَفْسًا اِلَّا وُسْعَهَا ۗ لَهَا مَا كَسَبَتْ وَعَلَيْهَا مَا اكْتَسَبَتْ ۗ رَبَّنَا لَا تُؤَاخِذْنَآ اِنْ نَّسِيْنَآ اَوْ اَخْطَاْنَا ۚ رَبَّنَا وَلَا تَحْمِلْ عَلَيْنَآ اِصْرًا كَمَا حَمَلْتَهٗ عَلَى الَّذِيْنَ مِنْ قَبْلِنَا ۚ رَبَّنَا وَلَا تُحَمِّلْنَا مَا لَا طَاقَةَ لَنَا بِهٖ ۚ

وَاعْفُ عَنَّا وَاغْفِرْ لَنَا وَارْحَمْنَا أَنْتَ مَوْلٰنَا فَانْصُرْنَا عَلَى الْقَوْمِ الْكٰفِرِيْنَ

শিংদা। ঐখোইগী মপুও! নম্বোহনবিগনু ঐখোইবু (দায়ী কোকথোং) ঐখোইনা ইপাঙ্গল লৈরোইদবদু পুনবা; অমসুং মুৎথৎপিয়ু ঐখোইগী ইপাপশিং, অমসুং পীনবিয়ু ঐখোইদা কোকপিবা অমসুং ঙাকপিয়ু ঐখোইবু নহাক্তি ঐখোইগী মপুনি, মরম অসিনা তেংবাংবিয়ু ঐখোইবু মায়োক্লবদা লমফে-খোঙফম্নবা মীশিংগা।



সূরহ ৩ আল ইমরান

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ২০১ নি)

১ নবা রুকূ

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

الٓمّٓ ②

২। ঐ অল্লাহনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি (অনল্লাহু অ'অলমু)।

اللّٰهُ لَآ اِلٰهَ اِلَّا هُوَ الْحَيُّ الْقَيُّوْمُ ③

৩। অল্লাহদি মহাকনি—মহাক নত্তবা লৈতে চীঙু লাই কনা অমতা. (মহাক্তি) মতম চুপ্পা হিংদুনতা লৈ, মতোম মশানা হিংজৈ অমসুং পুম্নমক্কী চিঙ্গাক হুনবনি।

نَزَّلَ عَلَيْكَ الْكِتٰبَ بِالْحَقِّ مُصَدِّقًا لِّمَا بَيْنَ يَدَيْهِ وَاَنْزَلَ التَّوْرٰىةَ وَالْاِنْجِيْلَ ④

৪। মহাকনা থাবিরকখি নংঙোন্দা কিতাবসি অচুম্বগা লোয়ননা, অচুম্বনি হায়না প্রমাণ পীনবগী মাগী মমাংদা লৈরম্বা (কিতাব) শিংবু: অমসুং মহাকনা থাবিখি তৌরাত অমসুং ইনজীল মীওই-বশিংগী লমজিংগীদমক, অমসুং মহাকনা থাবিরকখি খেন্নবা (অফ-ফত্তবগী মরক্তা)।

مِنْ قَبْلُ هُدًى لِّلنَّاسِ وَاَنْزَلَ الْفُرْقَانَ ۗ اِنَّ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا بِاٰيٰتِ اللّٰهِ لَهُمْ عَذَابٌ شَدِيْدٌ ۗ وَاللّٰهُ عَزِيْزٌ ذُو انْتِقَامٍ ⑤

৫। থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহগী পাওজেনশিংদা থাজদবা মখোইদু ফংগনি শাথীবা রায়েল-চৈরাক। অদুগা অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, লমল খুম্বগী মতিক লৈবনি।

إِنَّ اللّٰهَ لَا يَخْفٰى عَلَيْهِ شَيْءٌ فِي الْأَرْضِ وَلَا فِي السَّمَاءِ ﴿٦﴾

৬। তশেংবমক লৈতে অরোন-অথুপ করিমতা পৃথিবী নত্তগা আসমান্দা অল্লাহদগী।

هُوَ الَّذِي يُصَوِّرُكُمْ فِي الْأَرْحَامِ كَيْفَ يَشَاءُ ۚ لَا إِلٰهَ إِلَّا هُوَ الْعَزِيزُ الْحَكِيمُ ﴿٧﴾

৭। মহাকননি শেমখিবা নখোইবু (পল্লেম নমাগী) ইনুং শিলয়োমনুংশিংদা মহাকনা পাম্বা মতুংইন্না। লৈতে চীঙ্ লাই কনা অমত্তা মহাক নত্তবা, (মহাক্তি) পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

هُوَ الَّذِي أَنْزَلَ عَلَيْكَ الْكِتٰبَ مِنْهُ اٰيٰتٌ مُحْكَمٰتٌ هُنَّ أُمُّ الْكِتٰبِ وَأُخَرُ مُتَشٰبِهٰتٌ ۖ فَأَمَّا الَّذِينَ فِي قُلُوبِهِمْ زَيْغٌ فَيَتَّبِعُونَ مَا تَشٰبَهَ مِنْهُ ابْتِغَاءَ الْفِتْنَةِ وَابْتِغَاءَ تَأْوِيلِهِ ۗ وَمَا يَعْلَمُ تَأْوِيلَهُ إِلَّا اللّٰهُ ۘ وَالرّٰسِخُونَ فِي الْعِلْمِ يَقُولُونَ اٰمَنَّا بِهِ كُلٌّ مِنْ عِنْدِ رَبِّنَا ۗ وَمَا يَذَّكَّرُ إِلَّا أُولُوا الْأَلْبٰبِ ﴿٨﴾

৮। মহাকননি থাবিরকখিবা কিতাবসি নংঙোন্দা, মসিগী আয়াত খরদি রারোয়নঙাইনি অর্থদা, মখোইসি কিতাবকী মমানি: অমসুং অতে (আয়াতশিং) দি তোঙান-তোঙানবা অর্থ থোকহল্লি। তৌইগুম্বসুং মপুকনিং মক্রিং নাইবা মখোইদুনা মপুকনিং থিংজল্লি তোঙান-তোঙানবা অর্থ থোকহনবা শরুক অদুদা, খৎন-চৈনবা থোকহন্নীংদুনা অমসুং অরানবা অর্থ পুথোক-নীংদুনা। অদুম ওইনমক কনানসু খঙদে (অচুম্বা) অর্থ মদুগী অল্লাহ অমসুং পাইমা লৌশিং থোইবশিং নত্তনা। মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইনা থাজে মসিবু, পুম্নমকসি ঐখোইগী মপুদগীনি।" অদুবু (অর্থ হনবগী নিয়মসি) কনানসু রাখল তৌদে জ্ঞান চৈরোইনবশিং নত্তনা।

رَبَّنَا لَا تُزِغْ قُلُوبَنَا بَعْدَ إِذْ هَدَيْتَنَا وَهَبْ لَنَا مِنْ لَدُنْكَ رَحْمَةً ۚ إِنَّكَ أَنْتَ الْوَهَّابُ ﴿٩﴾

৯। ঐখোইগী মপুও! ঐখোইগী থম্মোইশিং নিংঙাই চাওহনবিগনু নহাকনা লমজিংবিখ্রবা মতুংদা ঐখোইবু; অমসুং পীনবিয়ু ঐখোইদা ঙাকপিবা নংঙোন্দগী; তশেংবমক নহাক্তনি থোইদোক-হেন্দোক্লা পীনহৈবা।

رَبَّنَا إِنَّكَ جَامِعُ النَّاسِ لِيَوْمٍ لَا رَيْبَ فِيهِ ۚ إِنَّ اللّٰهَ لَا يُخْلِفُ الْمِيعَادَ ﴿١٠﴾

১০। ঐখোইগী মপুও! নহাকনা তশেংবমক খোমজিনবিগনি মীওইবশিংবু পুল্লপ্লা কোরৌ নোংজা অমদা মদুগী মরমদা করিসু চিংননিঙঙাই লৈতে। থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহনা কদৌঙেদসু থুগায়বিদে (মহাক্কী) রাশক।

২ শুবা রুকূ

إِنَّ الَّذِينَ كَفَرُوا لَنْ تُغْنِيَ عَنْهُمْ أَمْوَالُهُمْ وَلَا أَوْلَادُهُمْ

১১। অচুম্বা থাজদবা মখোইদু—মখোইগী

مِّنَ اللّٰهِ شَيْـًٔا ۖ وَاُولٰٓئِكَ هُمْ وَقُوْدُ النَّارِ ﴿١١﴾

মরন-মথুমনা অমসুং মখোইগী মচা-মগুশিংনা কান্নবা করিসু পীরোই মখোইদা অল্লাহগী মায়োক্তা: অমসুং মখোই শীংবিনি থাম্বী মৈগী।

كَدَاْبِ اٰلِ فِرْعَوْنَ ۙ وَالَّذِيْنَ مِنْ قَبْلِهِمْ ۚ كَذَّبُوْا بِاٰيٰتِنَا ۚ فَاَخَذَهُمُ اللّٰهُ بِذُنُوْبِهِمْ ۚ وَاللّٰهُ شَدِيْدُ الْعِقَابِ ﴿١٢﴾

১২। (মখোইগী ফিবমদি) মান্নবনি ফিরঔনগী মীশিং অমসুং মখোইগী মমাংদা লৈরম্বা (মীরোন) শিংগা। মখোইনা য়াখিদে ঐখোইগী পাওজেন-শিংবু: মরম অদুনা অল্লাহনা চৈরাক থাবিখি মখোইবু মখোইগী মপাপশিংগীদমক। অদুগা অল্লাহদি শাথীবনি লমল খুম্বদা।

قُلْ لِّلَّذِيْنَ كَفَرُوْا سَتُغْلَبُوْنَ وَتُحْشَرُوْنَ اِلٰى جَهَنَّمَ ۗ وَبِئْسَ الْمِهَادُ ﴿١٣﴾

১৩। হায়য়ু অচুম্বা থাজদবশিংদা: নখোইবু লাকথুবিগনি অমসুং হোইহজিনবিগনি যম লৈবাক্তা; অমসুং মদু ফত্তবা য়াতুংফমনি।

قَدْ كَانَ لَكُمْ اٰيَةٌ فِيْ فِئَتَيْنِ الْتَقَتَا ۖ فِئَةٌ تُقَاتِلُ فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ وَاُخْرٰى كَافِرَةٌ يَّرَوْنَهُمْ مِّثْلَيْهِمْ رَاْيَ الْعَيْنِ ۚ وَاللّٰهُ يُؤَيِّدُ بِنَصْرِهٖ مَنْ يَّشَآءُ ۗ اِنَّ فِيْ ذٰلِكَ لَعِبْرَةً لِّاُولِى الْاَبْصَارِ ﴿١٤﴾

১৪। তশেংবমক খুদম অমা ফংহনবিখ্রে নখোইদা লাম্মী তেঙ্গোল অনি থেংনখিবদা, কাঙবু অমনা লান শোক্লখি অল্লাহগী মরমদা অমসুং অতোপ্পদি অচুম্বা থাজদবনি, মখোইবু (মুসলিমশিং) মখোইনা উখি শরুক অনি হেন্না য়াম্না মখোইদগী মখোইগী মমিৎশিংনা। অসুম্না অল্লাহনা হেনগৎহনবিখি মপাঙ্গল মহাক্কী মতেং পীবিদুনা মহাকনা চানবিবা (মতিক চাব) দ: থাঙ্গৈশেংবমক মসিদা লৈরে পারা অমা মমিৎ পানবশিংগী।

زُيِّنَ لِلنَّاسِ حُبُّ الشَّهَوٰتِ مِنَ النِّسَآءِ وَالْبَنِيْنَ وَالْقَنَاطِيْرِ الْمُقَنْطَرَةِ مِنَ الذَّهَبِ وَالْفِضَّةِ وَالْخَيْلِ الْمُسَوَّمَةِ وَالْاَنْعَامِ وَالْحَرْثِ ۗ ذٰلِكَ مَتَاعُ الْحَيٰوةِ الدُّنْيَا ۚ وَاللّٰهُ عِنْدَهٗ حُسْنُ الْمَاٰبِ ﴿١٥﴾

১৫। মীশিংনা পেন্নাইদনা পাম্বা (পোৎশিং) দি): নুপীশিং অমসুং মচা পিবাশিং অমসুং পৈশন্দুনা থম্বা সনা অমসুং লুপাগী মপৈশিং অমসুং অথাকপা য়াঙ্গৈই শগোলশিং অমসুং কাওরেন ষণশিং অমসুং লৌবুকশিংনি। মসি কান্নবনি তাইবঙ পুন্সিগী; তৌইগুম্বসুং অল্লাহগী মনাক্তা লৈ খ্বাইদগী হেন্না ফবা লমথুংফম (পুন্সিগী)।

قُلْ اَؤُنَبِّئُكُمْ بِخَيْرٍ مِّنْ ذٰلِكُمْ ۗ لِلَّذِيْنَ اتَّقَوْا عِنْدَ رَبِّهِمْ جَنّٰتٌ تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ خٰلِدِيْنَ فِيْهَا

১৬। হায়য়ু ঐনা তাকসিরা নখোইদা পুম্নমকসিদগী হেন্না ফবা অমা? ফত্তবদগী মশাবু ঙাকচবশিংগী দমক্তি লৈ মখোইগী মপুগী মনাক্তা স্বর্গ লৈকোনশিং: মখা অদুদা

তুরেলশিং ঈচেল্লি; মনুং অদুদা

মখোই লৈগনি সতি লৈবী মতালোইশিংগা লোয়ননা অমসুং অল্লাহগী অপেনবা শরুক্কদুনা। অদুগা অল্লাহনা য়েংবিরি (মহাক্কী) মনাইশিংবু।

وَأَزْوَاجٌ مُّطَهَّرَةٌ وَرِضْوَانٌ مِّنَ اللَّهِ ۗ وَاللَّهُ بَصِيرٌ بِالْعِبَادِ ﴿١٥﴾

১৭। মখোইদুনা হায় ঃ "ঐখোইগী মপুও ! ঐখোই অচুম্বা থাজরে, মরম অদুনা কোকপিয়ু ঐখোইগী ইপাপশিং অমসুং ঙাকপিয়ু ঐখোইবু থাম্বি-মৈগী ৱায়েল-চৈরাক্তগী।"

الَّذِينَ يَقُولُونَ رَبَّنَا إِنَّنَا آمَنَّا فَاغْفِرْ لَنَا ذُنُوبَنَا وَقِنَا عَذَابَ النَّارِ ﴿١٦﴾

১৮। (মখোইসি) আখাং-কনবনি অমসুং অচুম্বনি অমসুং হায়বা ইনবনি অমসুং খরচ তৌহেবনি অমসুং খাজং-থৌনি তৌবনি ঙাকপিনবগী অহিংগী অরোয়বা শরুক্তা।

الصَّابِرِينَ وَالصَّادِقِينَ وَالْقَانِتِينَ وَالْمُنفِقِينَ وَالْمُسْتَغْفِرِينَ بِالْأَسْحَارِ ﴿١٧﴾

১৯। অল্লাহনা সাক্ষী পীরি মদুদি ঃ চীঙু লাই কনা অমতা লৈতে মহাক নত্তনা, অমসুং ফরিশত-হশিংনসু অমসুং জ্ঞান চৈরোইনবশিংনসু (অদুম্না সাক্ষী পীরি), অচুম্বা শৌগত্তুনা। চীঙু লাই কনা অমতা লৈতে মহাক নত্তনা, (মহাক্তি) পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

شَهِدَ اللَّهُ أَنَّهُ لَا إِلَٰهَ إِلَّا هُوَ وَالْمَلَائِكَةُ وَأُولُو الْعِلْمِ قَائِمًا بِالْقِسْطِ ۚ لَا إِلَٰهَ إِلَّا هُوَ الْعَزِيزُ الْحَكِيمُ ﴿١٨﴾

২০। থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহগী মিৎয়েংদা (অচুম্বা) ধর্ম্মদি ইসলামনি। তৌইগুম্বসুং (মমাংঙৈদা) কিতাব পীখিবশিংদুনা য়াখিদে (মদু) জ্ঞান লাকখ্রবা মতুংদা মখোইদা, মখোই মশেল কল্লক-য়েংথীনবদগী। অদুগা কনাগুম্বনা থাজদ্রবদি অল্লাহগী পাওজেলশিংবু, তশেংবমক অল্লাহদি থুবনি হিসাব লৌবদা।

إِنَّ الدِّينَ عِندَ اللَّهِ الْإِسْلَامُ ۗ وَمَا اخْتَلَفَ الَّذِينَ أُوتُوا الْكِتَابَ إِلَّا مِن بَعْدِ مَا جَاءَهُمُ الْعِلْمُ بَغْيًا بَيْنَهُمْ ۗ وَمَن يَكْفُرْ بِآيَاتِ اللَّهِ فَإِنَّ اللَّهَ سَرِيعُ الْحِسَابِ ﴿١٩﴾

২১। তৌইগুম্বসুং মখোইনা চীন্দান্নরবদি নংগা, অদুদা হায়যু ঃ "ঐ ইশামক পুরা চঙজখ্রে অল্লাহদা অমসুং ঐগী তুং-ইনবশিংনসু (অদুম্না তৌখ্রে)।" অদুগা হায়যু কিতাব পীখ্রবশিংদা অমসুং লাইরিক-ময়েক চত্তবশিংদা ঃ "নখোই চঙজখ্রব্রা (অল্লাহদা) ?" মখোইনা চঙজ্রবদি, মখোই তশেংবমক লমজিং ফংলে ; তৌইগুম্বসুং মখোইনা তুং হন্দোকলবদি, নংগী নাথৌদি পাওজেন

فَإِنْ حَاجُّوكَ فَقُلْ أَسْلَمْتُ وَجْهِيَ لِلَّهِ وَمَنِ اتَّبَعَنِ ۗ وَقُل لِّلَّذِينَ أُوتُوا الْكِتَابَ وَالْأُمِّيِّينَ أَأَسْلَمْتُمْ ۚ فَإِنْ أَسْلَمُوا فَقَدِ اهْتَدَوا ۖ وَّإِن تَوَلَّوْا فَإِنَّمَا عَلَيْكَ الْبَلَاغُ

وَاللّٰهُ بَصِيْرٌۢ بِالْعِبَادِ ﴿٢٠﴾

থুংহনবতনি। অদুগা অল্লাহনা লেঙদনা য়েংবিরি (মহাক্কী) মনাইশিংবু।

৩ শুবা রুকূ

اِنَّ الَّذِيْنَ يَكْفُرُوْنَ بِاٰيٰتِ اللّٰهِ وَيَقْتُلُوْنَ النَّبِيّٖنَ بِغَيْرِ حَقٍّ ۙ وَّيَقْتُلُوْنَ الَّذِيْنَ يَاْمُرُوْنَ بِالْقِسْطِ مِنَ النَّاسِ ۙ فَبَشِّرْهُمْ بِعَذَابٍ اَلِيْمٍ ﴿٢١﴾

২২। তশেংবমক অল্লাহগী পাওজেনশিংদা থাজদবশিং অমসুং নবীশিংবু চুমদনা হাৎপশিং অমসুং অচুম্বা চৎহন্নবগী য়াথং পীবা মীশিংবু মথৱাই লোংউপ তানবশিং—মখোইদা লাউ-থোকও অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাক পীগনি।

اُولٰٓئِكَ الَّذِيْنَ حَبِطَتْ اَعْمَالُهُمْ فِى الدُّنْيَا وَالْاٰخِرَةِ ۡ وَمَا لَهُمْ مِّنْ نّٰصِرِيْنَ ﴿٢٢﴾

২৩। মখোইদু মাঙজরবাঙাকনি মখোইনা তৌবা থবকশিং (গী মহৈ) সংসার অসিদা অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদসু, অমসুং মখোইগী লৈরোই তেংবাংবিনবশিং।

اَلَمْ تَرَ اِلَى الَّذِيْنَ اُوْتُوْا نَصِيْبًا مِّنَ الْكِتٰبِ يُدْعَوْنَ اِلٰى كِتٰبِ اللّٰهِ لِيَحْكُمَ بَيْنَهُمْ ثُمَّ يَتَوَلّٰى فَرِيْقٌ مِّنْهُمْ وَهُمْ مُّعْرِضُوْنَ ﴿٢٣﴾

২৪। নং উখিদব্রা কিতাবকী শরুক অমদং পীখিবা মীশিং (গী ফিবম) দু মখোইবু বারতোন তৌখিবদা অল্লাহগী কিতাবনা ৱায়েল-বিচার তৌ হায়না মখোইগী মরক্তা, মতমদুদা মখোইগী মরক্তগী খুৎপু অমনা মমায় ওন্থোকখি অমসুং মখোই হাইদোকখি (অচুম্বদগী)।

ذٰلِكَ بِاَنَّهُمْ قَالُوْا لَنْ تَمَسَّنَا النَّارُ اِلَّآ اَيَّامًا مَّعْدُوْدٰتٍ ۠ وَّغَرَّهُمْ فِيْ دِيْنِهِمْ مَّا كَانُوْا يَفْتَرُوْنَ ﴿٢٤﴾

২৫। মদুগী মরমদি মখোইনা হায়ঃ "মৈনা শোকলোই ঐখোইবু নুমিৎ শিংবুম খরা নত্তনা"; অমসুং মখোইনা জাল তৌবনা লৌনমবিখ্রে মখোইবু মখোইগী ধর্ম্মগী মরমদা।

فَكَيْفَ اِذَا جَمَعْنٰهُمْ لِيَوْمٍ لَّا رَيْبَ فِيْهِ ۟ وَوُفِّيَتْ كُلُّ نَفْسٍ مَّا كَسَبَتْ وَهُمْ لَا يُظْلَمُوْنَ ﴿٢٥﴾

২৬। মরমদুনা মখোই করি থোক্কনি ঐখোইনা পুল্লপ্পা খোমজিল্লবদা মখোইবু কোরৌ লোংজা অমদা মদুগী মরমদা চিংননিঙঙাই লৈতে; অমসুং থৱাই খুদিংমক পীবিগনি পুরা পুরা মাগী-মাগী তৌজ মতিকমল অমসুং মখোই কনা অমতবু লান্না তৌবিরোই?

قُلِ اللّٰهُمَّ مٰلِكَ الْمُلْكِ تُؤْتِى الْمُلْكَ مَنْ تَشَآءُ وَتَنْزِعُ الْمُلْكَ مِمَّنْ تَشَآءُ ۡ وَتُعِزُّ مَنْ تَشَآءُ وَتُذِلُّ مَنْ

২৭। হায়য়ুঃ হো অল্লাহ! নিংথৌ লৈবাক পুম্নমক্কী মপু নহাকনা পীবি নিংথৌ লৈবাক নহাকনা চানবিবদা অমসুং নহাকনা লৌথোকপি

تَشَآءُ ۖ بِيَدِكَ الْخَيْرُ ۖ إِنَّكَ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيرٌ ﴿٢٧﴾

নিংথৌ লৈবাক নহাকনা চানবিদবদগী; অমসুং নহাকনা চাওহনবি নহাকনা চাওহনবিনীংবত্তবু অমসুং নহাকনা তোংথহনবি নহাকনা তোংথহন-বিনীংবত্তবু। নহাক্কী নখুত্তা লৈ অফবা পুম্নমক। তশেংবমক নহাক্কি শক্তি লৈ পোং পুম্নমক্কী মথক্তা।

تُولِجُ الَّيْلَ فِي النَّهَارِ وَتُولِجُ النَّهَارَ فِي الَّيْلِ ۖ وَتُخْرِجُ الْحَيَّ مِنَ الْمَيِّتِ وَتُخْرِجُ الْمَيِّتَ مِنَ الْحَيِّ ۖ وَتَرْزُقُ مَنْ تَشَآءُ بِغَيْرِ حِسَابٍ ﴿٢٨﴾

২৮। নহাকনা ওইহল্লি অহিংবু নুংথিল অমসুং ওইহল্লি নুংথিলবু অহিং; অমসুং নহাকনা ওইহল্লি অহিংবা অশিববু অমসুং ওইহল্লি অশিবা অহিংববু। অদুগা নহাকনা পীবি চিঞ্জাক নহাকনা চানবিবশিংদা চাং কক্তনা।

لَا يَتَّخِذِ الْمُؤْمِنُونَ الْكٰفِرِينَ أَوْلِيَآءَ مِنْ دُونِ الْمُؤْمِنِينَ ۖ وَمَنْ يَفْعَلْ ذٰلِكَ فَلَيْسَ مِنَ اللّٰهِ فِي شَيْءٍ إِلَّآ أَنْ تَتَّقُوا مِنْهُمْ تُقٰىةً ۗ وَيُحَذِّرُكُمُ اللّٰهُ نَفْسَهُ ۗ وَإِلَى اللّٰهِ الْمَصِيرُ ﴿٢٩﴾

২৯। অচুম্বা থাজবশিংনা মরূপনদসনু লমযেং-খোঙফম্নবশিংবু থাদোক্তুনা অচুম্বা থাজবশিংবু। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা মদুম্না তৌরবদি, মরী করিসু লৈনদে অল্লাহগা—নত্তনা নখোইনা চেকশিন্না ঙাকচদ্রবদি মখোইদগী। অসুম্না অল্লাহনা চেকশিনহনবি নখোইবু মহাক্কী চৈরাক পীবদগী; অমসুং অল্লাহদা হনজনফমনি (পুম্নমক্কী)।

قُلْ إِنْ تُخْفُوا مَا فِي صُدُورِكُمْ أَوْ تُبْدُوهُ يَعْلَمْهُ اللّٰهُ ۗ وَيَعْلَمُ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَمَا فِي الْأَرْضِ ۗ وَاللّٰهُ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيرٌ ﴿٣٠﴾

৩০। হায়য়ু নখোইনা লোংশল্লবসু নথবাক মনুংদা লৈবদু নত্তগা ফোংদোকলবসু মদু, অল্লাহনা খঙই মদু; অমসুং মহাকনা খঙই আসমানদা লৈবা খুদিংমক অমসুং পৃথিবীদা লৈবা খুদিংমক। অদুগা অল্লাহদি শক্তি লৈ পোং পুম্নমক্কী মথক্তা।

يَوْمَ تَجِدُ كُلُّ نَفْسٍ مَا عَمِلَتْ مِنْ خَيْرٍ مُحْضَرًا ۛ وَمَا عَمِلَتْ مِنْ سُوٓءٍ ۛ تَوَدُّ لَوْ أَنَّ بَيْنَهَا وَبَيْنَهُ أَمَدًا بَعِيدًا ۗ وَيُحَذِّرُكُمُ اللّٰهُ نَفْسَهُ ۗ وَاللّٰهُ رَءُوفٌ بِالْعِبَادِ ﴿٣١﴾ ع

৩১। (চেকশল্লু) কোরৌ লোংজা অমদা থব্রাই খুদিংনা থেংনগনি মানা-মানা তৌখিবা অফবা অমসুং মানা-মানা তৌখিবা ফত্তবা (পুম্নমক), অদুদা মানা নীংগনি মদুদি মাগী অমসুং (ফত্তবা) অদুগী মরক্তা য়াম্না লাপ্পবা লৈ। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা চেকশিনহনবি নখোইবু মহাক্কী চৈরাক পীবদগী; অমসুং অল্লাহদি মীনুংশি চাওবনি মনাইশিংদা।

৪ শুবা রুকূ

৩২। হায়য়ু ঃ নখোইনা নুংশিরবদি অল্লাহবু ঐগী তুং ইল্লু, অদু ওইরবদি অল্লাহনা নুংশিবিগনি নখোইবু অমসুং কোকপিগনি নখোইগী নপাপশিং, করিনা হায়ববু অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

قُلْ إِنْ كُنْتُمْ تُحِبُّونَ اللّٰهَ فَاتَّبِعُونِي يُحْبِبْكُمُ اللّٰهُ وَيَغْفِرْ لَكُمْ ذُنُوبَكُمْ ۗ وَاللّٰهُ غَفُورٌ رَّحِيمٌ ﴿٣١﴾

৩৩। হায়য়ু ঃ "অল্লাহ অমসুং রসূলনা হায়বা ইল্লু ;" তৌইগুম্বসুং মখোইনা মমায় ওংথোকলবদি, অল্লাহনা নুংশিবিদে লমফে-খোঙফম্নবশিংবু।

قُلْ أَطِيعُوا اللّٰهَ وَالرَّسُولَ ۖ فَإِنْ تَوَلَّوْا فَإِنَّ اللّٰهَ لَا يُحِبُّ الْكٰفِرِينَ ﴿٣٢﴾

৩৪। থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহনা খনগৎপিখি আদমবু অমসুং নূহবু অমসুং ইব্রাহীমগী মচা-মশুশিংবু অমসুং ইমরানগী মচা-মশুশিংবু মথক থোংনা (মখোইগী মতমগী) জাতি পুম্নমক্কী,

إِنَّ اللّٰهَ اصْطَفٰى آدَمَ وَنُوحًا وَآلَ إِبْرٰهِيمَ وَآلَ عِمْرٰنَ عَلَى الْعٰلَمِينَ ﴿٣٣﴾

৩৫। বংশ অমদগী (হৌদুনা অতোপ্পা বংশ) অমদা (মথং মথং থংথখিবনি)। অদুগা অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

ذُرِّيَّةً بَعْضُهَا مِنْ بَعْضٍ ۗ وَاللّٰهُ سَمِيعٌ عَلِيمٌ ﴿٣٤﴾

৩৬। (নীংশিঙদু) 'ইমরানগী মতালোইনা হায়খি ঃ "ঐগী মপুও ! ঐনা রাশক তৌজরি ঐগী গর্ভনুংদা নাও পুজরিবসি (নিপা ওইহনবিয়ু) চীঙু নখোঙখাদা কৎচগে, মরম অদুনা য়াবিয়ু (মসি) ঐগী মায়কৈদগী; তশেংবমক নহাক্তি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

إِذْ قَالَتِ امْرَأَتُ عِمْرٰنَ رَبِّ إِنِّي نَذَرْتُ لَكَ مَا فِي بَطْنِي مُحَرَّرًا فَتَقَبَّلْ مِنِّي ۖ إِنَّكَ أَنْتَ السَّمِيعُ الْعَلِيمُ ﴿٣٥﴾

৩৭। অদুনা মহাকনা পোকলবা মতমদা মদু, মহাকনা হায়খি ঃ "ঐগী মপুও! ঐনা পোকলে (অঙাং) নুপী অমা।" অদুগা অল্লাহনা খঙখি মহাকনা পোকখিবদু—অদুবু (মহাকনা আশা তৌজখিবা মচা) নিপাদু মানখিদে নুপীগুম (মহাকনা হৌজিক পোকলিবসি ; অদুগা (মহাকনা য়খা শমথরকখি ঃ) "ঐনা মমিং কৌজরে মাবু মরয়ম, অমসুং ঐনা শীন্নজরে মাবু অমসুং মাগী মচাবু চীঙু নহাকনা ঙাকপিনবগী শৈতান মরদুদদগী।"

فَلَمَّا وَضَعَتْهَا قَالَتْ رَبِّ إِنِّي وَضَعْتُهَا أُنْثٰى وَاللّٰهُ أَعْلَمُ بِمَا وَضَعَتْ وَلَيْسَ الذَّكَرُ كَالْأُنْثٰى ۖ وَإِنِّي سَمَّيْتُهَا مَرْيَمَ وَإِنِّي أُعِيذُهَا بِكَ وَذُرِّيَّتَهَا مِنَ الشَّيْطٰنِ الرَّجِيمِ ﴿٣٦﴾

فتقبلها ربها بقبول حسن وأنبتها نباتا حسنا وكفلها زكريا كلما دخل عليها زكريا المحراب وجد عندها رزقا قال يمريم أنى لك هذا قالت هو من عند الله إن الله يرزق من يشاء بغير حساب ۝

৩৮। মরম অদুনা মহাক্কী মপুনা নিংথীজনা য়াবিখি মহাক্কী হায়জবদু অমসুং ফজনা চাওহনবিখি মহাকপু অমসুং জকরিয়য়াদা শীন্নদুনা নাওকোনহনবিখি। জকরিয়য়ানা চঙলুবা মতম খুদিংদা মহাক্কী লৈফম কাদা, মহাকনা ফংখি চিঞ্জাক (মখল কয়া) মহাক্কী মনাক্তা। অদুদা মহাকনা হায়খি ঃ "হো মরয়ম! মফম কদায়দগী লাকপগে (মসি) নংঙোন্দা?" মহাকনা পাওখুমখি ঃ "মসি অল্লাহদগীনি।" তশেংবমক অল্লাহনা পী চিঞ্জাক মহাকনা চানবিবশিংদা চাং কক্তনা।

هنالك دعا زكريا ربه قال رب هب لي من لدنك ذرية طيبة إنك سميع الدعاء ۝

৩৯। জকরিয়য়ানা প্রার্থনা তৌজখি মহাক্কী মপুদা। মহাকনা হঙ্গৎচখি ঃ "ঐগী মপুও! পীনবিয়ু ঐঙোন্দা নহাক্কী মায়কৈদগী অফবা ইচা অমতা; তশেংবমক নহাক্তি প্রার্থনা তাবিহৈবনি।"

فنادته الملئكة وهو قائم يصلي في المحراب أن الله يبشرك بيحيى مصدقا بكلمة من الله وسيدا وحصورا ونبيا من الصلحين ۝

৪০। মরম অদুনা ফরিশতহশিংনা কৌরকখি মঙোন্দা মহাকনা লেপলিঙৈদা প্রার্থনা তৌদুনা খাস কমরহদা (অমসুং হায়বিখি ঃ) "তশেংবমক অল্লাহনা পীবিরি নংঙোন্দা হরাওবা পাও (নচা নিপা অমগী মমিং কৌগনি) য়হয়া, মহাকনা প্রমাণ পীরগনি অল্লাহদগী রাহৈ অমা অচুম্বনি হায়বগী, (মহাক) ঈকাইখুম্নানিঙঙাইহনি অমসুং অশেংবনি অমসুং নবীনি ধর্ম্ম লৈবশিংগী মরক্তগী।

قال رب أنى يكون لي غلم وقد بلغني الكبر وامرأتي عاقر قال كذلك الله يفعل ما يشاء ۝

৪১। মহাকনা হায়খি ঃ "ঐগী মপুও! করম্না ঐনা পোক্কদৌরিবা ইচা নিপা অমা (হৌজিক) ঐনা অহল ওইরগা অমসুং ঐগী মলিকহনা অখুংবী ওইরগা?" (ফরিশতহনা) পাওখুম্বিখি ঃ "অসিগুম্না থৌদৌনি অল্লাহগী ঃ মহাকনা তৌই মহাকনা অপাম্বতা।"

قال رب اجعل لي ءاية قال ءايتك ألا تكلم الناس ثلثة أيام إلا رمزا واذكر ربك كثيرا وسبح بالعشي

৪২। মহাকনা হায়খি ঃ "ঐগী মপুও! তাকপিয়ু খুদম অমা।" (ফরিশতহনা) পাওখুম্বিখি ঃ নংগী খুদমদি অসিনি ঃ "নং রা ঙাঙগনু মীশিংদা নুমিৎ হুমনি ইঙ্গিত তৌবা নত্তনা (য়াদবা মতাংদা)।

অদুগা নীংশিঙঙু নংগী মপুবু অমসুং ঈকাইখুম্না থাগৎচৌ মহাকপু সন্ধ্যা অমসুং অয়ুক ঙন্তাদা।"

وَالْإِبْكَارِ ﴿٤١﴾

৫ শুবা রুকূ

৪৩। অদুগা (নীংশিঙঙু) ফরিশতহশিংনা হায়খিঃ হো মরয়ম! তশেংবমক অল্লাহনা খনবিখ্রে নহাকপু অমসুং শেংদোকাপিখ্রে নহাকপু অমসুং খনবিখ্রে নহাকপু মথক থোংনা নুপীশিংগী জাতি পুম্নমক্কী।

وَإِذْ قَالَتِ الْمَلٰٓئِكَةُ يٰمَرْيَمُ إِنَّ اللّٰهَ اصْطَفٰكِ وَطَهَّرَكِ وَاصْطَفٰكِ عَلٰى نِسَآءِ الْعٰلَمِيْنَ ﴿٤٢﴾

৪৪। হো মরয়ম! ইল্লু ময়াথং নংগী মপুগী অমসুং খুরুম-খাজংঙু নকোক লৈবাক তানা কুপ্থদুনা, অদুগা নকোক নোল্লু মকোক নোনবশিংগা লোয়ননা।

يٰمَرْيَمُ اقْنُتِيْ لِرَبِّكِ وَاسْجُدِيْ وَارْكَعِيْ مَعَ الرّٰكِعِيْنَ ﴿٤٣﴾

৪৫। মসি অরোনবা (মৈহৌরোনগী) পাওনি ঐখোইনা ফোংদোকপিরি নংঙোন্দা। অদুগা নং লৈরমদে মখোইগা লোয়ননা মখোইনা হুপ্থনখিবদা মখোইগী কলমশিং (রা লেপ্পবগী) মখোইগী মরক্তগী কনাদা মরয়মবু শীন্নগনি, নত্রগা নং লৈরমদে মখোইগা লোয়ননা মখোই অমগা অমগা চীন্দান্নখিবা মতমদা।

ذٰلِكَ مِنْ اَنْۢبَآءِ الْغَيْبِ نُوْحِيْهِ اِلَيْكَ ۗ وَمَا كُنْتَ لَدَيْهِمْ اِذْ يُلْقُوْنَ اَقْلَامَهُمْ اَيُّهُمْ يَكْفُلُ مَرْيَمَ ۪ وَمَا كُنْتَ لَدَيْهِمْ اِذْ يَخْتَصِمُوْنَ ﴿٤٤﴾

৪৬। ফরিশতহশিংনা হায়খিঃ "হো মরয়ম! অল্লাহনা তশেংবমক পীরকলি নংঙোন্দা হরাওবা পাও অমা লোয়ননা রাহে অমগা মঙোন্দগী (মদুদি নং পোক্কনি নচা নিপা অমা), মহাক্কী মমিং মসীহ ঈসা, মরয়মগী মপারি কৌগনি, মতিক চাওগনি সংসার অসিদা অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদসু, অমসুং মনুং চনগনি (অল্লাহগী)মনাক নকপশিংগী।

اِذْ قَالَتِ الْمَلٰٓئِكَةُ يٰمَرْيَمُ اِنَّ اللّٰهَ يُبَشِّرُكِ بِكَلِمَةٍ مِّنْهُ ۖ اسْمُهُ الْمَسِيْحُ عِيْسَى ابْنُ مَرْيَمَ وَجِيْهًا فِى الدُّنْيَا وَالْاٰخِرَةِ وَمِنَ الْمُقَرَّبِيْنَ ﴿٤٥﴾

৪৭। "অদুগা মহাকনা রা ঙাঙগনি মীশিংদা নাওশুমদা অমসুং অহল ওইরগসু, অমসুং মহাক ওইগনি (অমা) ধর্ম্ম লৈবশিংগী।"

وَيُكَلِّمُ النَّاسَ فِى الْمَهْدِ وَكَهْلًا وَّمِنَ الصّٰلِحِيْنَ ﴿٤٦﴾

৪৮। (পুম্নমকসি তারগা) মহাকনা হায়খিঃ "করম্না ঐনা পোক্কদৌরিবনো

قَالَتْ رَبِّ اَنّٰى يَكُوْنُ لِيْ وَلَدٌ وَّلَمْ يَمْسَسْنِيْ بَشَرٌ ۗ

قَالَ كَذٰلِكِ اللّٰهُ يَخْلُقُ مَا يَشَآءُ ۭ اِذَا قَضٰٓى اَمْرًا فَاِنَّمَا يَقُوْلُ لَهٗ كُنْ فَيَكُوْنُ ۝٤٧

ইচা নিপা অমা, নিপা অমতনা শোক্তরিঙেদা ঐবু ?" (ফরিশতহনা) হায়খি ঃ "অসিগুম্বা থৌদৌনি অল্লাহগী। মহাকনা শেমই মহাকনা অপাম্বতা। মহাকনা করিগুম্বা থবক অমা তৌনীং-লকপদা, মহাকনা হায় মদুদা ঃ "ওইয়ু" অমসুং মদু হেক্তমক ওই।

وَيُعَلِّمُهُ الْكِتٰبَ وَالْحِكْمَةَ وَالتَّوْرٰىةَ وَالْاِنْجِيْلَ ۝٤٨

৪৯। "অদুগা মহাকনা তম্বিগনি মহাকপু কিতাব অমসুং মহে-মশিং অমসুং তৌরাত অমসুং ইনজীল ;

وَرَسُوْلًا اِلٰى بَنِىْٓ اِسْرَآءِيْلَ ڏ اَنِّىْ قَدْ جِئْتُكُمْ بِاٰيَةٍ مِّنْ رَّبِّكُمْ ۙ اَنِّىْٓ اَخْلُقُ لَكُمْ مِّنَ الطِّيْنِ كَهَيْـَٔةِ الطَّيْرِ فَاَنْفُخُ فِيْهِ فَيَكُوْنُ طَيْرًاۢ بِاِذْنِ اللّٰهِ ۚ وَاُبْرِئُ الْاَكْمَهَ وَالْاَبْرَصَ وَاُحْىِ الْمَوْتٰى بِاِذْنِ اللّٰهِ ۚ وَاُنَبِّئُكُمْ بِمَا تَاْكُلُوْنَ وَمَا تَدَّخِرُوْنَ ۙ فِىْ بُيُوْتِكُمْ ۭ اِنَّ فِىْ ذٰلِكَ لَاٰيَةً لَّكُمْ اِنْ كُنْتُمْ مُّؤْمِنِيْنَ ۝٤٩

৫০। "অমসুং (ওইহনবিগনি মহাকপু) রসূল অমা ইস্রাঈল মচাশিংদা (অমসুং মহাকনা হায়গনি মখোইদা ঃ) ঐ লাকলবনি নখোইদা লোয়নননা খুদম অমগা নখোইগী মপুদগী, ঐনা শেম-শাবিগনি নখোইদগীদমক্তা লৈথোমদগী উচেক্কী মওং অমা, অদুগী তুংদা ঐনা কামশিনবিগনি সোর মদুদা, মতমদুদা মদু ওইরক্কনি চেকলা উচেক অমা অল্লাহগী হুকুমনা ; অদুগা ঐনা ফহনবিগনি মমিৎ তাংবা অমসুং লাঈথুং থুংবা অমসুং হিংগৎ-হনবিগনি অশিববু অল্লাহগী হুকুমনা ; অমসুং ঐনা খঙহনবিগনি নখোইদা করি চাগদবা অমসুং করি পৈশিন্দুনা থমগদবা নয়ুম-নয়ুমদা। তশেংবমক (ঐনা ঊাঙলিবা) অসিদা খুদম অমা লৈরে নখোইগীদমক, নখোইনা ওইরবদি (অচুম্বা) থাজবশিং।

وَمُصَدِّقًا لِّمَا بَيْنَ يَدَىَّ مِنَ التَّوْرٰىةِ وَلِاُحِلَّ لَكُمْ بَعْضَ الَّذِىْ حُرِّمَ عَلَيْكُمْ وَجِئْتُكُمْ بِاٰيَةٍ مِّنْ رَّبِّكُمْ ۣ فَاتَّقُوا اللّٰهَ وَاَطِيْعُوْنِ ۝٥٠

৫১। "অদুগা (ঐ লাকপনি) অচুম্বনি হায়না প্রমাণ পীনবগী ঐগী ইমাংদা লৈরম্বা তৌরাতকী অমসুং ঐনা ওইহল্লি হলাল নখোইদা পোৎ খরা (হান্না) নখোইদা থিংলম্বা অদুদগী: অমসুং ঐ লাকপনি নখোইদা লোয়নননা খুদম অমগা নখোইগী মপুদগী; মরম অদুনা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং ঐনা হায়বা ইল্লু।

إِنَّ اللَّهَ رَبِّي وَرَبُّكُمْ فَاعْبُدُوهُ ۗ هَٰذَا صِرَاطٌ مُسْتَقِيمٌ ﴿٥١﴾

৫২। "তশেংবমক অল্লাহদি ঐগী মপুনি অমসুং নখোইগীসু মপুনি ; মরম অদুনা ভক্তি তৌ মহাক্কী। মসি অচুম্বা লম্বীনি।"

فَلَمَّا أَحَسَّ عِيسَىٰ مِنْهُمُ الْكُفْرَ قَالَ مَنْ أَنْصَارِي إِلَى اللَّهِ ۖ قَالَ الْحَوَارِيُّونَ نَحْنُ أَنْصَارُ اللَّهِ آمَنَّا بِاللَّهِ وَاشْهَدْ بِأَنَّا مُسْلِمُونَ ﴿٥٢﴾

৫৩। অদুগী তুংদা ঈসানা (মহাক্কী চীলাশিং) নখোইবু ঈমান লৈতে খঙলকপা মতমদা মহাকনা হায়খি ঃ "কনা কনাগো ঐগী তেংবাংবশিং অল্লাহ (গী লম্বী) দা ?" চীলাশিংনা পাওখুমখি ঃ "ঐখোই তেংবাংবশিংনি অল্লাহগী ; ঐখোই থাজগ্রে অল্লাহদা ; অমসুং নহাকনা ওইনিবু সাক্ষী মদুদি ঐখোই মুসলিমশিংনি।

رَبَّنَا آمَنَّا بِمَا أَنْزَلْتَ وَاتَّبَعْنَا الرَّسُولَ فَاكْتُبْنَا مَعَ الشَّاهِدِينَ ﴿٥٣﴾

৫৪। "ঐখোইগী মপুও ! ঐখোই থাজগ্রে চীঙ নহাকনা থাবিরকখিবা অদুদা অমসুং ঐখোইনা তুং ইনজরে (ঈসা) রসুলগী ; মরম অদুনা ইশিনবিয়ু ঐখোইবু লোয়ননা (অচুম্বগী) সাক্ষী পীবশিংগা।"

وَمَكَرُوا وَمَكَرَ اللَّهُ ۖ وَاللَّهُ خَيْرُ الْمَاكِرِينَ ﴿٥٤﴾

৫৫। অদুগা (য়িহুদীশিং) নখোইনা থৌরাং লাংখি (ঈসাবু হাৎনবা) অমসুং অল্লাহসু লাংখি থৌরাং ; অমসুং অল্লাহদি খুাইদগী হেন্না থৌরাং শীননা হৈবনি।

৬ শুবা রুকূ

إِذْ قَالَ اللَّهُ يَا عِيسَىٰ إِنِّي مُتَوَفِّيكَ وَرَافِعُكَ إِلَيَّ وَمُطَهِّرُكَ مِنَ الَّذِينَ كَفَرُوا وَجَاعِلُ الَّذِينَ اتَّبَعُوكَ فَوْقَ الَّذِينَ كَفَرُوا إِلَىٰ يَوْمِ الْقِيَامَةِ ۖ ثُمَّ إِلَيَّ مَرْجِعُكُمْ فَأَحْكُمُ بَيْنَكُمْ فِيمَا كُنْتُمْ فِيهِ تَخْتَلِفُونَ ﴿٥٥﴾

৫৬। (নীংশিঙউ) অল্লাহনা হায়রিবি ঃ হে ঈসা ! ঐনা শিহনবিগনি নংবু অমসুং থাক রাংখৎহনবিগনি নংবু ঐগী ইনাক্তা অমসুং শেংদোকপিগনি নংবু (বদনাম তৌশিনবদগী) লমাকে-খোঙ-কম্লবশিংনা অমসুং থক থোংহনবিগনি নংগী নতুং ইনবশিংবু লমাকে-খোঙকম্লবশিংগী কিয়ামত নুমিৎ ফাওবা ; অদুগী তুংদা ঐঙোন্দা নখোইগী হনজনফমনি, মরম অদুনা ঐনা য়া লেপ্পিগনি নখোইগী মরক্তা য়ানরনবা অদুগী (মরমদা)।

فَأَمَّا الَّذِينَ كَفَرُوا فَأُعَذِّبُهُمْ عَذَابًا شَدِيدًا فِي الدُّنْيَا وَالْآخِرَةِ وَمَا لَهُمْ مِنْ نَاصِرِينَ ﴿٥٦﴾

৫৭। অদুনা লমাকে-খোঙকম্লবশিংবু ঐনা চৈরাক পীগনি মখোইবু শাথীবা চৈরাক থাবিদুনা সংসার অসিদা অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদসু ; অমসুং মখোইগী লৈরোই তেংবাংবিনবশিং।

৫৮। অদুগা অচুম্বা থাজখ্রবশিং অমসুং অফবা থবকশিং খোঙফম্নবা মখোইদু মহাকনা পীবিগনি মখোইবু পুরা-পুরা মখোইগী মনা-মথিন; অমসুং অল্লাহনা নুংশিবিদে অরানবা লম্বীনবশিংবু।

وَاَمَّا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ فَيُوَفِّيْهِمْ اُجُوْرَهُمْ ۗ وَاللّٰهُ لَا يُحِبُّ الظّٰلِمِيْنَ ﴿٥٧﴾

৫৯। মসি ঐখোইনা নংঙোন্দা লীবিরিবা পাওজেনশিংনি অমসুং নীংশিঙহল্লিবা পোৎনি লৌশিংনা পিক থল্লবা।

ذٰلِكَ نَتْلُوْهُ عَلَيْكَ مِنَ الْاٰيٰتِ وَالذِّكْرِ الْحَكِيْمِ ﴿٥٨﴾

৬০। থাঙ্গৈশিংবমক অল্লাহগী মিৎয়েংদা ঈসা (শোকপগী) মান্নবা মতৌদি আদমগীগুম্বনি। মহাকনা শেম্বিখি মহাকপু উফুলদগী; মতম অদুদা মহাকনা হায়বিখি মঙোন্দা "ওইয়ু," অদুদা মহাক হেক্তমক ওইখি।

اِنَّ مَثَلَ عِيْسٰى عِنْدَ اللّٰهِ كَمَثَلِ اٰدَمَ ۗ خَلَقَهٗ مِنْ تُرَابٍ ثُمَّ قَالَ لَهٗ كُنْ فَيَكُوْنُ ﴿٥٩﴾

৬১। (মসি) অচুম্বনি নংগী মপুদগী, মরম অদুনা নংসু ওইগনু (অমা) চিংনবশিংগী (রারম অসিদা)।

اَلْحَقُّ مِنْ رَّبِّكَ فَلَا تَكُنْ مِّنَ الْمُمْتَرِيْنَ ﴿٦٠﴾

৬২। কনাগুম্বনা মসিগী মতুংদা চীন্দান্নরবদি নংগা মহাক্কী মরমদা, জ্ঞান লাকখ্রবা মতুংদা নংঙোন্দা, হায়য়ু (মঙোন্দা): "লাকও, ঐখোই কৌশিনসি ঐখোইগী ইচা নিপাশিং অমসুং নখোইগী মচা নিপাশিং অমসুং ঐখোইগী নুপীশিং অমসুং নখোইগী নুপীশিং অমসুং ঐখোইগী মীশিং অমসুং নখোইগী মীশিং; অদুগী তুংদা ঐখোই থরাই হকচন্না প্রার্থনা তৌসি অমসুং নীজসি অল্লাহগী সিরাপ (ঐখোইগী মরক্তা) মীনম পাওরাল হায়বশিংগী মথক্তা।"

فَمَنْ حَآجَّكَ فِيْهِ مِنْۢ بَعْدِ مَا جَآءَكَ مِنَ الْعِلْمِ فَقُلْ تَعَالَوْا نَدْعُ اَبْنَآءَنَا وَاَبْنَآءَكُمْ وَنِسَآءَنَا وَنِسَآءَكُمْ وَاَنْفُسَنَا وَاَنْفُسَكُمْ ۗ ثُمَّ نَبْتَهِلْ فَنَجْعَلْ لَّعْنَتَ اللّٰهِ عَلَى الْكٰذِبِيْنَ ﴿٦١﴾

৬৩। থাঙ্গৈশিংবমক মসি অচুম্বা রারীনি (ঈসাগী), অমসুং চীঙ্গু লাই কনা অমতা লৈতে অল্লাহ নত্তনা। অদুগা অল্লাহ মহাক্তি তশেংবমক পাঙ্গলবনি, ব্রাইদগী হেন্না অশিংবনি।

اِنَّ هٰذَا لَهُوَ الْقَصَصُ الْحَقُّ ۚ وَمَا مِنْ اِلٰهٍ اِلَّا اللّٰهُ ۗ وَاِنَّ اللّٰهَ لَهُوَ الْعَزِيْزُ الْحَكِيْمُ ﴿٦٢﴾

৬৪। তৌইগুম্বসুং মখোইনা মমায় ওন্থোকলবদি, মতমদুদা অল্লাহদি তশেংনমক খঙবনি ফত্তনবা শীনবা মীশিংদু।

فَاِنْ تَوَلَّوْا فَاِنَّ اللّٰهَ عَلِيْمٌۢ بِالْمُفْسِدِيْنَ ﴿٦٣﴾ ع

৭ শুবা রুকূ

قُلْ يٰۤاَهْلَ الْكِتٰبِ تَعَالَوْا اِلٰى كَلِمَةٍ سَوَآءٍۢ بَيْنَنَا وَبَيْنَكُمْ اَلَّا نَعْبُدَ اِلَّا اللّٰهَ وَلَا نُشْرِكَ بِهٖ شَيْـًٔا وَّلَا يَتَّخِذَ بَعْضُنَا بَعْضًا اَرْبَابًا مِّنْ دُوْنِ اللّٰهِ ؕ فَاِنْ تَوَلَّوْا فَقُوْلُوا اشْهَدُوْا بِاَنَّا مُسْلِمُوْنَ ﴿٦٥﴾

৬৫। হায়য়ু ঃ "হো কিতাব ফংখিবা মীশিং ! লাও য়ানসি ব্রাফম অমা ঐখোই অমসুং নখোইগী মরক্তা মদুদি ঐখোইনা ভক্তি তৌরোই কনামতগী অল্লাহ নত্তুনা অমসুং ঐখোইনা শেমলোই কনামতবু মহাক্কা মশরুক য়ামিন্নবা ওইনা অমসুং ঐখোই খরনা লৌরোই অতোপ্পশিংবু প্রোভুশিং ওইনা অল্লাহদগী হেন্দোক্লা" তৌইগুম্বসুং নখোইনা মমায় ওথোকলবদি, মতমদুদা হায়য়ু ঃ নখোই সাক্ষী ওইয়ু, থাজ্ঞেশেংবমক ঐখোই মুসলিমশিংনি।

يٰۤاَهْلَ الْكِتٰبِ لِمَ تُحَآجُّوْنَ فِىْۤ اِبْرٰهِيْمَ وَمَاۤ اُنْزِلَتِ التَّوْرٰىةُ وَالْاِنْجِيْلُ اِلَّا مِنْۢ بَعْدِهٖ ؕ اَفَلَا تَعْقِلُوْنَ ﴿٦٦﴾

৬৬। হো কিতাব (হান্না) ফংখিবা মীশিং ! করি মরমগী নখোই মরে য়েংনবগে ইব্রাহীমগী মরমদা, তৌরাত অমসুং ইনজীলদি মহাক্কী মতুংদা থার কখিবনি ? নখোইবু খঙদ্রব্রা ?

هٰۤاَنْتُمْ هٰۤؤُلَآءِ حَاجَجْتُمْ فِيْمَا لَكُمْ بِهٖ عِلْمٌ فَلِمَ تُحَآجُّوْنَ فِيْمَا لَيْسَ لَكُمْ بِهٖ عِلْمٌ ؕ وَاللّٰهُ يَعْلَمُ وَاَنْتُمْ لَا تَعْلَمُوْنَ ﴿٦٧﴾

৬৭। (য়েংউ !) নখোইদি অদুগুম্বা মীওইশিংনি নখোইনা হায়রেংৎ-শারেংৎ খঙজবা (ঈসা) গী মরমদসু মরে হেক্তা য়েংনৈ ; করি মরমগী নখোই মরে য়েংনবগে নখোইনা ইখঙ-খঙনবগী মরমদা ? অদুগা অল্লাহদি অখঙবনি অমসুং নখোইদি খঙদবনি।

مَا كَانَ اِبْرٰهِيْمُ يَهُوْدِيًّا وَّلَا نَصْرَانِيًّا وَّلٰكِنْ كَانَ حَنِيْفًا مُّسْلِمًا ؕ وَمَا كَانَ مِنَ الْمُشْرِكِيْنَ ﴿٦٨﴾

৬৮। ইব্রাহীমদু য়হুদী নত্তে নত্তগা খৃষ্টিয়ানসু নত্তে, তৌইগুম্বসুং মহাক ত্বররিংবা (মী) নি—মুসলিমনি। অদুগা মহাক ওইখিদে (অমা) লাইয়াম থাজবশিংগী।

اِنَّ اَوْلَى النَّاسِ بِاِبْرٰهِيْمَ لَلَّذِيْنَ اتَّبَعُوْهُ وَهٰذَا النَّبِىُّ وَالَّذِيْنَ اٰمَنُوْا ؕ وَاللّٰهُ وَلِىُّ الْمُؤْمِنِيْنَ ﴿٦٩﴾

৬৯। থাজ্ঞেশেংবমক ইব্রাগীমগা খ্বাইদগী হেন্না নক্কবা মীশিংদি মহাক্কী মতুং ইনবশিংনি, অমসুং নবীসিনি অমসুং অচুম্বা থাজখ্রবা মখোইদুনি। অদুগা অল্লাহদি ঙাক-শেনবিবা মরূপনি অচুম্বা থাজবশিংগী।

وَدَّتْ طَّآئِفَةٌ مِّنْ اَهْلِ الْكِتٰبِ لَوْ يُضِلُّوْنَكُمْ ؕ وَمَا يُضِلُّوْنَ اِلَّاۤ اَنْفُسَهُمْ وَمَا يَشْعُرُوْنَ ﴿٧٠﴾

৭০। কিতাব (হান্না) ফংখ্রবশিংগী মরক্তা-কাঙলুপ অমনা লম্বী শেরান্নবা চংহন্নীংই নংবু ; তৌইগুম্বসুং মখোই মশানা শেরান্নহনক্তে মশামকপু, তৌইগুম্বসুং মখোইনা খঙদে (মদু)।

৭১। হো কিতাব (হান্না) ফংখ্রবা মীশিং! করি মরমগী নখোই থাজদরিবা অল্লাহগী পাওজেন-শিংবু, নখোই (নশামক্না) সাক্ষী ওইরগা (মখোইগী অচুম্বদা)?

يَٰٓأَهْلَ ٱلْكِتَٰبِ لِمَ تَكْفُرُونَ بِـَٔايَٰتِ ٱللَّهِ وَأَنتُمْ تَشْهَدُونَ ٧٠

৭২। হো কিতাব (হান্না) ফংখ্রবা মীশিং! করি মরমগী নখোইনা য়ানশন্নবগে অচুম্ববু অরানবগা অমসুং লোৎশনবগে অচুম্বদু খঙনা-খঙনা?

يَٰٓأَهْلَ ٱلْكِتَٰبِ لِمَ تَلْبِسُونَ ٱلْحَقَّ بِٱلْبَٰطِلِ وَتَكْتُمُونَ ٱلْحَقَّ وَأَنتُمْ تَعْلَمُونَ ٧١

৮ শুবা রুকূ

৭৩। অদুগা কিতাব (হান্না) ফংখ্রবা মীশিংগী মরক্তগী কাংলুপ অমনা হায়ঃ থাজৌ অচুম্বা থাজবশিংদা ফোংদোকপিখিবা অদুদা নুংথিলগী অঙনবা শরুক্তা অমসুং (অমুক) থাজগনু মদুগী অকোনবা শরুক্তা: অদুম্না তৌরবদি মখোই হল্লকপা য়াই (মখোইগী ধর্ম্মদগী)।

وَقَالَت طَّآئِفَةٌ مِّنْ أَهْلِ ٱلْكِتَٰبِ ءَامِنُوا۟ بِٱلَّذِىٓ أُنزِلَ عَلَى ٱلَّذِينَ ءَامَنُوا۟ وَجْهَ ٱلنَّهَارِ وَٱكْفُرُوٓا۟ ءَاخِرَهُۥ لَعَلَّهُمْ يَرْجِعُونَ ٧٢

৭৪। "অদুগা (নখোই) য়াথং ইনগনু কনামতগী নখোইগী ধর্ম্ম চৎপা মহাক্কী নত্তনা।" হায়য়ুঃ "তশেংবমক (অচুম্বা) লমজিংবিদি অল্লাহগী লমজিংবনি, অদুনা কনাগুম্বা অমদা পীবিবা য়াই নখোইদা পীখিবা (তৌরাত) অদুগুম্বা নত্তগা মখোইনা রায়েৎনগনি নখোইগা নখোইগী মপুগী মমাংদা।" হায়য়ুঃ "থৌজালদি তশেংবমক লৈবনি অল্লাহগী মখুত্তা। মহাকনা পীবি মদু মহাকনা চানবিবা অমদা। অদুগা অল্লাহদি পীন-হাল্লেংদবনি, পুংখঙ-খঙবনি।

وَلَا تُؤْمِنُوٓا۟ إِلَّا لِمَن تَبِعَ دِينَكُمْ قُلْ إِنَّ ٱلْهُدَىٰ هُدَى ٱللَّهِ أَن يُؤْتَىٰٓ أَحَدٌ مِّثْلَ مَآ أُوتِيتُمْ أَوْ يُحَآجُّوكُمْ عِندَ رَبِّكُمْ قُلْ إِنَّ ٱلْفَضْلَ بِيَدِ ٱللَّهِ يُؤْتِيهِ مَن يَشَآءُ وَٱللَّهُ وَٰسِعٌ عَلِيمٌ ٧٣

৭৫। "মহাকনা খনবি মহাক্কী থৌজালগীদমক মহাকনা অপাম্বতা। অদুগা অল্লাহদি মপুনি থোইদোকপা থৌজালগী।"

يَخْتَصُّ بِرَحْمَتِهِۦ مَن يَشَآءُ وَٱللَّهُ ذُو ٱلْفَضْلِ ٱلْعَظِيمِ ٧٤

৭৬। অদুগা কিতাব ফংখ্রবশিংগী মরক্তা অসিগুম্বা মীতা লৈ, নংনা শীন্নরমলবসু মঙোন্দা লন-থুম কোকথোং অমা, মহাকনা অমুকহন্না পীরক্কনি মদু নংঙোন্দা; অমসুং মখোইগী মরক্তা অসিগুম্বা মীতাসু লৈ, নংনা শীন্নরমলবদি মঙোন্দা 'দীনার' (লুপাগী শেল) অমা, মহাকনা অমুকহন্না

وَمِنْ أَهْلِ ٱلْكِتَٰبِ مَنْ إِن تَأْمَنْهُ بِقِنطَارٍ يُؤَدِّهِۦٓ إِلَيْكَ وَمِنْهُم مَّنْ إِن تَأْمَنْهُ بِدِينَارٍ لَّا يُؤَدِّهِۦٓ

পীরকলোই মদু নংঙোন্দা, নংনা ভাম্নবা কন্দ্রবদি মহাকপু। মদু (তৌব) গী মরমদি মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইগী ইথক্তা করিসু লৈতে নিয়ম ঙাক্না চৎকদবনি হায়বা লাইরিক-ময়েক চত্তবশিংগা তিন্নবদা।" অদুগা মখোইনা ঙাঙ-শকই মীনম্বা অল্লাহদা, অমসুং মখোইনা (তৌই মদু) খঙনা-খঙনা।

إِلَيْكَ إِلَّا مَا دُمْتَ عَلَيْهِ قَائِمًا ۗ ذَٰلِكَ بِأَنَّهُمْ قَالُوا لَيْسَ عَلَيْنَا فِي الْأُمِّيِّينَ سَبِيلٌ وَيَقُولُونَ عَلَى اللَّهِ الْكَذِبَ وَهُمْ يَعْلَمُونَ ﴿٧٥﴾

৭৭। নত্তে, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা ঙাকলবদি রাশক অমসুং ভক্তি লৈরবদি— অল্লাহনা ভশেংনমক নুংশিবি হর্ম্ম কায়দবশিংবু।

بَلَىٰ مَنْ أَوْفَىٰ بِعَهْدِهِ وَاتَّقَىٰ فَإِنَّ اللَّهَ يُحِبُّ الْمُتَّقِينَ ﴿٧٦﴾

৭৮। মখোইনা য়োংথোকপগী মখোইগী করার অল্লাহদা তৌখিবা অমসুং মখোইগী রাশকশিং মমল খজিক্তুং লৌদুনা, মখোই (নুংঙাইবগী) শরুক করিসু ফংনিঙঙাই লৈত্তরে আখেরতকী পুন্সিদা. অমসুং অল্লাহনা (চানবিবগী) রা ঙাঙবিরোই মখোইদা নত্তুগা য়েংবিরোই মখোইদা কিয়ামত নুমিত্তা নত্তুগা শেংদোকপিরোই মখোইবু, থোইনদুম মখোই ফংগনি অৱাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

وَإِنَّ مِنْهُمْ لَفَرِيقًا يَلْوُونَ أَلْسِنَتَهُمْ بِالْكِتَابِ لِتَحْسَبُوهُ مِنَ الْكِتَابِ وَمَا هُوَ مِنَ الْكِتَابِ وَيَقُولُونَ هُوَ مِنْ عِنْدِ اللَّهِ وَمَا هُوَ مِنْ عِنْدِ اللَّهِ وَيَقُولُونَ عَلَى اللَّهِ الْكَذِبَ وَهُمْ يَعْلَمُونَ ﴿٧٨﴾

৭৯। অদুগা মখোইগী মরক্তা ভশেংবমক কাঙবু অমা লৈ মখোইনা মরে কোনসল্লি (শাইবনল) কিতাব পাবদা, মদু নখোইনা খনবা য়াই কিতাবকী (শরুক অমা) ওইনা, তৌইগুম্বসুং মদু কিতাবকী (শরুক অমা) নত্তে। অদুগা মখোইনা হায়ঃ "মসি অল্লাহদগীনি," তৌইগুম্বসুং মদু নত্তে অল্লাহদগী: অমসুং মখোইনা ঙাঙ-শকই মীনম্বা অল্লাহদা, অমসুং মখোইনা (তৌই মদু) খঙনা-খঙনা।

إِنَّ الَّذِينَ يَشْتَرُونَ بِعَهْدِ اللَّهِ وَأَيْمَانِهِمْ ثَمَنًا قَلِيلًا أُولَٰئِكَ لَا خَلَاقَ لَهُمْ فِي الْآخِرَةِ وَلَا يُكَلِّمُهُمُ اللَّهُ وَلَا يَنْظُرُ إِلَيْهِمْ يَوْمَ الْقِيَامَةِ وَلَا يُزَكِّيهِمْ وَلَهُمْ عَذَابٌ أَلِيمٌ ﴿٧٧﴾

৮০। মসি মী কনামতগী (ওইবা য়াবা) রা নত্তে মদুদি অল্লাহনা পীবিরগা মঙোন্দা কিতাব অমসুং জ্ঞান অমসুং নুবুরত, মহাকনা হায়গনি মীশিংদাঃ "ওইয়ু নখোই ঐগী ইনাইশিং অল্লাহগী (ওইবগী) মহুত্তা," তৌইগুম্বসুং (মহাকনা হায়গনিঃ) "ওইয়ু

مَا كَانَ لِبَشَرٍ أَنْ يُؤْتِيَهُ اللَّهُ الْكِتَابَ وَالْحُكْمَ وَالنُّبُوَّةَ ثُمَّ يَقُولَ لِلنَّاسِ كُونُوا عِبَادًا لِي مِنْ دُونِ اللَّهِ وَلَٰكِنْ كُونُوا رَبَّانِيِّينَ بِمَا كُنْتُمْ تُعَلِّمُونَ الْكِتَابَ

নখোই থরাই-লুপলবশিং মপুদা মরমদি নখোইনা তম্বি কিতাব (মীশিংবু) অমসুং নখোইনা পাই (মদু)।

وَبِمَا كُنْتُمْ تَدْرُسُوْنَ ۝

৮১। নত্তগা মহাকনা য়াথংনবিরোই নখোইবু লৌ হায়না ফরিশতহশিংবু অমসুং নবীশিংবু প্রো ভুশিং ওইনা। মহাকনা য়াথংনবিগদ্রা নখোইবু লমফে-খোঙফম্নবা ওইনবগী মুসলিম ওইখ্রবা মতুংদা ?

وَلَا يَأْمُرَكُمْ اَنْ تَتَّخِذُوا الْمَلٰٓئِكَةَ وَالنَّبِيّٖنَ اَرْبَابًا ؕ اَيَأْمُرُكُمْ بِالْكُفْرِ بَعْدَ اِذْ اَنْتُمْ مُّسْلِمُوْنَ ۝

৯ শুবা রুকূ

৮২। অদুগা (নীংশিঙু মতমদ্) অল্লাহনা লৌবিখি রাশক অমা নবীশিংদগী (অসি হায়না)ঃ "ঐনা পীখ্রে নখোইদা কিতাব অমসুং জ্ঞানগী (শরুক খরা), কায়থংদা লাক্কনি নখোইদা রসূল অমা, অচুম্বনি হায়না প্রমাণ পীরগনি নখোইগী লৈজরিবদ্, নখোই থাজগদবনি মহাকপু অমসুং তেংবাংগদবনি মহাকপু।" অদুগা-মহাকনা (অসিসু) হায়বিখিঃ "নখোই য়ারব্রা অমসুং ফরে হায়না লৌরব্রা ঐগা লেপ্পবা (রা) অসি?" মখোইনা পাওখুমখিঃ "ঐখোই য়াজরে।" মহাকনা (মখা শমথদুনা) হায়বিখিঃ "অদুগী মতুংইন্না নখোই ওইয়ু সাক্ষী অমসুং ঐসু লোয়নবিরি নখোইগা সাক্ষীশিংগী মরক্তা।"

وَاِذْ اَخَذَ اللّٰهُ مِيْثَاقَ النَّبِيّٖنَ لَمَآ اٰتَيْتُكُمْ مِّنْ كِتٰبٍ وَّحِكْمَةٍ ثُمَّ جَآءَكُمْ رَسُوْلٌ مُّصَدِّقٌ لِّمَا مَعَكُمْ لَتُؤْمِنُنَّ بِهٖ وَلَتَنْصُرُنَّهٗ ؕ قَالَ ءَاَقْرَرْتُمْ وَاَخَذْتُمْ عَلٰى ذٰلِكُمْ اِصْرِيْ ؕ قَالُوْٓا اَقْرَرْنَا ؕ قَالَ فَاشْهَدُوْا وَاَنَا مَعَكُمْ مِّنَ الشّٰهِدِيْنَ ۝

৮৩। হৌজিক কনাগুম্বনা মমায় ওথোকলবদি অসিগী মতুংদা, মখোইদো লমকেৎ-লমহাইবশিংনি।

فَمَنْ تَوَلّٰى بَعْدَ ذٰلِكَ فَاُولٰٓئِكَ هُمُ الْفٰسِقُوْنَ ۝

৮৪। মখোইনা থিব্রা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমা অল্লাহগী নত্তবা ? অদুবু মঙোন্দা চঙজবা ঙাকনি আসমান অমসুং পৃথিবীদা লৈবা পুম্নমক্না মশানা য়ানীংনা নত্তগা য়ানীংদনা, অমসুং মঙোন্দা মখোই পুম্নমক হনজনগনি।

اَفَغَيْرَ دِيْنِ اللّٰهِ يَبْغُوْنَ وَلَهٗٓ اَسْلَمَ مَنْ فِي السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ طَوْعًا وَّكَرْهًا وَّاِلَيْهِ يُرْجَعُوْنَ ۝

৮৫। হায়য়ুঃ ঐখোইনা থাজখ্রে অল্লাহদা অমসুং ঐখোইদা ফোংদোকপিখিবদা অমসুং (রাপাওশিং) ফোংদোকপিখিবদ্ ইব্রাহীমদা

قُلْ اٰمَنَّا بِاللّٰهِ وَمَآ اُنْزِلَ عَلَيْنَا وَمَآ اُنْزِلَ عَلٰٓى اِبْرٰهِيْمَ وَاِسْمٰعِيْلَ وَاِسْحٰقَ وَيَعْقُوْبَ وَالْاَسْبَاطِ وَمَآ

অমসুং ইসমাঈলদা অমসুং ইসহাকদা অমসুং য়াকুবদা অমসুং মচা-মশুশিংদা, অমসুং (অতোপ্পা পাওজেনশিং) পীখিবদু মুসাদা অমসুং ঈসাদা অমসুং নবীশিংদা মখোইগী মপুদগী। ঐখোইনা তৌদে খন্দোক-খায়দোকপা কনামতবু মখোইগী মরক্তা অমসুং (অল্লাহ) মঙোন্দা ঐখোই চঙজরবশিংনি।

أُوتِيَ مُوسَىٰ وَعِيسَىٰ وَالنَّبِيُّونَ مِن رَّبِّهِمْ لَا نُفَرِّقُ بَيْنَ أَحَدٍ مِّنْهُمْ وَنَحْنُ لَهُ مُسْلِمُونَ ﴿٨٤﴾

৮৬। অদুগা কনাগুম্বনা থিরবদি ধর্ম্ম অমা ইসলাম নত্তবা, কদৌনুংদসু য়াবিরোই মদু মঙোন্দগী অমসুং আখেরতকী পুন্সিদা মহাক তিনগনি মাঙজরবশিংগী মরক্তা।

وَمَن يَبْتَغِ غَيْرَ الْإِسْلَامِ دِينًا فَلَن يُقْبَلَ مِنْهُ وَهُوَ فِي الْآخِرَةِ مِنَ الْخَاسِرِينَ ﴿٨٥﴾

৮৭। করম্না অল্লাহনা লমজিংবিগনি মীশিংবু মখোইনা (লমফৈ-খোঙফম্নরবা) অচুম্বা থাজখ্রবগী মতুংদা অমসুং মখোইনা সাক্ষী পীখ্রবদা রসুলদু অচুম্বনি হায়না অমসুং তশেংবা দলিলশিং লাকখ্রবদা মখোইদা? অদুগা অল্লাহনা লমজিংবিদে অরানবা লম্বীনবা মীশিংবু।

كَيْفَ يَهْدِي اللَّهُ قَوْمًا كَفَرُوا بَعْدَ إِيمَانِهِمْ وَشَهِدُوا أَنَّ الرَّسُولَ حَقٌّ وَجَاءَهُمُ الْبَيِّنَاتُ وَاللَّهُ لَا يَهْدِي الْقَوْمَ الظَّالِمِينَ ﴿٨٦﴾

৮৮। মখোইসি—মখোইগী (তৌজ মতিকমলগী) মহৈদি মখোইগী মথক্তা সিরাপনি অল্লাহগী অমসুং ফরিশতহশিংগী অমসুং মীশিংগী পুল্লপ পুন্না।

أُولَٰئِكَ جَزَاؤُهُمْ أَنَّ عَلَيْهِمْ لَعْنَةَ اللَّهِ وَالْمَلَائِكَةِ وَالنَّاسِ أَجْمَعِينَ ﴿٨٧﴾

৮৯। (সিরাপ ফংদুনা) মখোই অদুম লৈরগনি; মখোইদা পীবা ৱায়েল-চৈরাক করিমতা য়াংহনবিরোই নত্ত্রগা মখোইবু পোথাহনবিরোই,

خَالِدِينَ فِيهَا لَا يُخَفَّفُ عَنْهُمُ الْعَذَابُ وَلَا هُمْ يُنظَرُونَ ﴿٨٨﴾

৯০। নত্তনা করি নুংগী তৌরুবনো হায়না নুংনাংবা ফোংদোকচবশিং অদুগী মতুংদা অমসুং মশাবু চুমথোকচবশিং। মওং মতাদুদা, অল্লাহদি তশেংবমক য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

إِلَّا الَّذِينَ تَابُوا مِن بَعْدِ ذَٰلِكَ وَأَصْلَحُوا فَإِنَّ اللَّهَ غَفُورٌ رَّحِيمٌ ﴿٨٩﴾

৯১। তশেংবমক অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা লমফৈ-খোঙফম্নখ্রবা অচুম্বা থাজখ্রবগী মতুংদা, অদুগী তুংদা অচুম্বা থাজদবদা হেনগৎপশিং, মখোইগী মপাপ হায়দোকচবদু য়াবিরোই; অমসুং মখোইসি লম্মুক্লখ্রবশিংনি।

إِنَّ الَّذِينَ كَفَرُوا بَعْدَ إِيمَانِهِمْ ثُمَّ ازْدَادُوا كُفْرًا لَّن تُقْبَلَ تَوْبَتُهُمْ وَأُولَٰئِكَ هُمُ الضَّالُّونَ ﴿٩٠﴾

إِنَّ الَّذِينَ كَفَرُوا وَمَاتُوا وَهُمْ كُفَّارٌ فَلَن يُقْبَلَ مِنْ أَحَدِهِم مِّلْءُ الْأَرْضِ ذَهَبًا وَلَوِ افْتَدَىٰ بِهِ ۗ أُولَٰئِكَ لَهُمْ عَذَابٌ أَلِيمٌ وَمَا لَهُم مِّن نَّاصِرِينَ ﴿٩٢﴾

৯২। তশেংবমক অচুম্বা থাজদবশিং অমসুং অচুম্বা থাজদদুনা লৈরিঙৈদা শিবশিং, য়াবিরোই মখোই কনা অমতদগী পৃথিবী অপুম্বা সনা পিক থন্না, মহাকনা কৎলবসু মদু থাদোকমল ওইনা। মখোইসিগীদমক্তি অৱাবগী মশক ওইবা চৈরাক দগুনি অমসুং মখোইগী লৈরোই তেংবাং-বিনবশিং।

১০ শুবা রুকূ

لَن تَنَالُوا الْبِرَّ حَتَّىٰ تُنفِقُوا مِمَّا تُحِبُّونَ ۚ وَمَا تُنفِقُوا مِن شَيْءٍ فَإِنَّ اللَّهَ بِهِ عَلِيمٌ ﴿٩٣﴾

৯৩। নখোই কদৌনুংদসু ওইবা য়ারোই ধর্ম্ম লৈবা নখোইনা পাম্বদু খরচ তৌদরিবা ফাওবা (অল্লাহগী লম্বীদা)। অদুগা নখোইনা খরচ তৌবমখে, অল্লাহনা তশেংনমক খঙই।

كُلُّ الطَّعَامِ كَانَ حِلًّا لِّبَنِي إِسْرَائِيلَ إِلَّا مَا حَرَّمَ إِسْرَائِيلُ عَلَىٰ نَفْسِهِ مِن قَبْلِ أَن تُنَزَّلَ التَّوْرَاةُ ۗ قُلْ فَأْتُوا بِالتَّوْرَاةِ فَاتْلُوهَا إِن كُنتُمْ صَادِقِينَ ﴿٩٤﴾

৯৪। (অশেংবা) চিঞ্জাক পুম্নমক হলাল ওইহনবিখি ইস্রাঈল মচাশিংদা, নত্তনা ইস্রাঈল মশানা থিংজখিবা তৌরাত থারক্তরিঙৈগী মমাংদা। হায়যু ঃ অদু ওইরবদি, পুরকও তৌরাত অমসুং পাথোরকও মদু, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।

فَمَنِ افْتَرَىٰ عَلَى اللَّهِ الْكَذِبَ مِن بَعْدِ ذَٰلِكَ فَأُولَٰئِكَ هُمُ الظَّالِمُونَ ﴿٩٥﴾

৯৫। মরম অদুনা কনাগুম্বনা জাল তৌদুনা থৈজিল্লবদি মীনম্বা অল্লাহদা মসিগী মত্তুংদা, মখোইসি অরানবা লম্বীনবশিংনি।

قُلْ صَدَقَ اللَّهُ ۗ فَاتَّبِعُوا مِلَّةَ إِبْرَاهِيمَ حَنِيفًا وَمَا كَانَ مِنَ الْمُشْرِكِينَ ﴿٩٦﴾

৯৬। হায়যু ঃ "অল্লাহদি অচুম্বতা ঙাঙবনি। মরম অদুনা, নখোই ইল্লু ধর্ম্ম ইব্রাহীম তুররিংবগী। অদুগা মহাক ওইখিদে (অমা) লাইয়াম ঈরাৎপশিংগী।

إِنَّ أَوَّلَ بَيْتٍ وُضِعَ لِلنَّاسِ لَلَّذِي بِبَكَّةَ مُبَارَكًا وَهُدًى لِّلْعَالَمِينَ ﴿٩٧﴾

৯৭। তশেংবমক তাইবঙ মীওইবশিংগী ইহান-হান্না লিংখৎখিবা তীর্থ মফমদি বক্কহদনি, মরাং কায়বনি য়াইফবা অমসুং লমজিংদা জাতি পুম্নমক্কীদমক্তা।

فِيهِ آيَاتٌ بَيِّنَاتٌ مَّقَامُ إِبْرَاهِيمَ ۖ وَمَن دَخَلَهُ كَانَ

৯৮। মফম অসিদা তশেং-তশেংবা খুদমশিং লৈ (মদুদি)ঃ মসি খুবমনি ইব্রাহীমগী; অমসুং কনাগুম্বনা চঙলবনি মদুদা, খুদোংথীবা ইলে-

اٰمِنًا ؕ وَ لِلّٰهِ عَلَى النَّاسِ حِجُّ الْبَيْتِ مَنِ اسْتَطَاعَ اِلَيْهِ سَبِيْلًا ؕ وَ مَنْ كَفَرَ فَاِنَّ اللّٰهَ غَنِيٌّ عَنِ الْعٰلَمِيْنَ ۝

লৈতে। অদুগা শঙ্গাই যুমজাও অসিদা হজ্জ তৌবা অল্লাহগীদমক্তা তৌগদবা মর্থোনি মীশিংগী মথক্তা, চৎপা ঙম্বশিংগী মফমদু য়ৌনা। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা ইন্দ্রবদি (হুকুমসি), অল্লাহদি তশেংবমক মনীংতম্বনি জীব পুম্নক্কী।

قُلْ يٰۤاَهْلَ الْكِتٰبِ لِمَ تَكْفُرُوْنَ بِاٰيٰتِ اللّٰهِ ۖۗ وَ اللّٰهُ شَهِيْدٌ عَلٰى مَا تَعْمَلُوْنَ ۝

৯৯। হায়য়ু ঃ হো কিতাব ফংখ্রবা মীশিং! করি মরমগী নখোই য়াদবগে অল্লাহগী পাওজেনশিংবু? তৌইগুম্বসুং অল্লাহদি সাক্ষীনি নখোইনা তৌরিবা-পুম্বগী।

قُلْ يٰۤاَهْلَ الْكِتٰبِ لِمَ تَصُدُّوْنَ عَنْ سَبِيْلِ اللّٰهِ مَنْ اٰمَنَ تَبْغُوْنَهَا عِوَجًا وَّ اَنْتُمْ شُهَدَآءُ ؕ وَ مَا اللّٰهُ بِغَافِلٍ عَمَّا تَعْمَلُوْنَ ۝

১০০। হায়য়ু ঃ হো কিতাব ফংখ্রবা মীশিং! করি মরমগী নখোইনা থিংবগে অচুম্বা থাজবা মীশিংবু অল্লাহগী লম্বীদগী, ফৈরেংনবা ওইহন্নীংদুনা মদুবু, অদুম ওইনমক নখোইনা সাক্ষীনি মদুগী? অদুগা অল্লাহনা থৌওইদবা নত্তে নখোইনা তৌরিবদু।

يٰۤاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْۤا اِنْ تُطِيْعُوْا فَرِيْقًا مِّنَ الَّذِيْنَ اُوْتُوا الْكِتٰبَ يَرُدُّوْكُمْ بَعْدَ اِيْمَانِكُمْ كٰفِرِيْنَ ۝

১০১। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোইনা হায়বা ইল্লবদি কিতাব পীখ্রবা মীশিংগী মরক্তগী কাংবু অমগী, মখোইনা ওইহনবিখ্রগনি নখোইবু লমফৈ-খোঙফম্নবশিং নখোইনা অচুম্বা থাজখ্রবা মতুংদা।

وَ كَيْفَ تَكْفُرُوْنَ وَ اَنْتُمْ تُتْلٰى عَلَيْكُمْ اٰيٰتُ اللّٰهِ وَ فِيْكُمْ رَسُوْلُهٗ ؕ وَ مَنْ يَّعْتَصِمْ بِاللّٰهِ فَقَدْ هُدِيَ اِلٰى صِرَاطٍ مُّسْتَقِيْمٍ ۝

১০২। অদুগা করম্না নখোই লমফৈ-খোঙফম্নগদৌরি নখোইদা থীথদুনা তাহন-বিখ্রবদা অল্লাহগী পাওজেনশিং অমসুং মহাক্কী রসুল লৈনা-লৈনা নখোইগী নরক্তা?, অদুগা কনাগুম্বনা চেৎনা পায়রবদি অল্লাহবু, তশেংবমক মহাকপু লমজিংবিখ্রবনি অচুম্বা লম্বীদা।

১১ শুবা রুকূ

يٰۤاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوا اتَّقُوا اللّٰهَ حَقَّ تُقٰتِهٖ وَ لَا تَمُوْتُنَّ اِلَّا وَ اَنْتُمْ مُّسْلِمُوْنَ ۝

১০৩। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোই অল্লাহবু কিয়ু মহাকপু কিফম থোকপগী মতুংইন্না, অমসুং নখোই শিরক্তনু মুসলিম ওইদদুনা।

وَ اعْتَصِمُوْا بِحَبْلِ اللّٰهِ جَمِيْعًا وَّ لَا تَفَرَّقُوْا ۪ وَ اذْكُرُوْا نِعْمَتَ اللّٰهِ عَلَيْكُمْ اِذْ كُنْتُمْ اَعْدَآءً

১০৪। অদুগা নখোই পুম্নমক চেৎনা পায়য়ু অল্লাহগী থৌরী অমসুং খায়দোক্নগনু: অমসুং নীংশিঙু অল্লাহগী থৌজাল মহাকনা পীখিবদু

فَأَلَّفَ بَيْنَ قُلُوبِكُمْ فَأَصْبَحْتُم بِنِعْمَتِهِۦٓ إِخْوَٰنًا وَكُنتُمْ عَلَىٰ شَفَا حُفْرَةٍ مِّنَ ٱلنَّارِ فَأَنقَذَكُم مِّنْهَا ۗ كَذَٰلِكَ يُبَيِّنُ ٱللَّهُ لَكُمْ ءَايَٰتِهِۦ لَعَلَّكُمْ تَهْتَدُونَ ﴿١٠٣﴾

নখোইদা নখোই অমগা অমগা য়েংথীনরিঙৈ মতমদা, অদুগী মতমদা মহাকনা তিন্নহনবিখি নখোইগী নথম্মোইশিংদা নুংশিবা চঙহনবিদুনা, অদুনা মহাক্কী থৌজালনা নখোই ওইরকখি ভাই ভাই; অমসুং নখোই লৈরম্মী মপাল ময়াদা (লানগী) মৈকোমগী, অদুবু অল্লাহনা ঙাকপিখি নখোইবু মদুদগী। অসুম্না অল্লাহনা তশেংহনবি নখোইদা মহাক্কী ময়াথংশিং অদুনা নখোইবু লমজিংবিনবা।

وَلْتَكُن مِّنكُمْ أُمَّةٌ يَدْعُونَ إِلَى ٱلْخَيْرِ وَيَأْمُرُونَ بِٱلْمَعْرُوفِ وَيَنْهَوْنَ عَنِ ٱلْمُنكَرِ ۚ وَأُو۟لَٰٓئِكَ هُمُ ٱلْمُفْلِحُونَ ﴿١٠٤﴾

১০৫। অদুগা নখোইগী মরক্তগী কাঙলুপ অমা শেম্মু মখোইনা বারতোন তৌসনু (মীশিংবু) অফবা (চৎনবা) অমসুং য়াথংনসনু অচুম্বা (তৌনবা) অমসুং থিংসনু ফত্তবা (থবকশিং)। অদুগা মখোইসি মমায় পাক্কনি।

وَلَا تَكُونُوا۟ كَٱلَّذِينَ تَفَرَّقُوا۟ وَٱخْتَلَفُوا۟ مِنۢ بَعْدِ مَا جَآءَهُمُ ٱلْبَيِّنَٰتُ ۚ وَأُو۟لَٰٓئِكَ لَهُمْ عَذَابٌ عَظِيمٌ ﴿١٠٥﴾

১০৬। অদুগা নখোই ওইগনু (শীংলুপ থোক্লা) খায়দোক্লখিবশিংগী অমসুং য়ানখিদবশিংগী মতৌগুম তশেংবা দলিলশিং লাকখ্রবা মতুংদা মখোইদা। অদুগা মখোইগীদমক্তি অচৌবা রায়েল-চৈরাকনি।

يَوْمَ تَبْيَضُّ وُجُوهٌ وَتَسْوَدُّ وُجُوهٌ ۚ فَأَمَّا ٱلَّذِينَ ٱسْوَدَّتْ وُجُوهُهُمْ أَكَفَرْتُم بَعْدَ إِيمَٰنِكُمْ فَذُوقُوا۟ ٱلْعَذَابَ بِمَا كُنتُمْ تَكْفُرُونَ ﴿١٠٦﴾

১০৭। কোরৌ নোংজা অমদা মায় খরা ঙৌশ্রোক ঙৌগনি অমসুং অতোপ্পা মায় খরনা মুশিন মুগনি। মমায় মুশিন মুবশিংদো (মখোইদা হাসি হায়বিগনিঃ) "নখোই লমফৈ-খোঙফম্নখিব্রা অচুম্বা থাজখ্রবা মতুংদা? মরম অদুনা (হৌজিক) তংঙু চৈরাক মহাউ মরমদি নখোই লমফৈ-খোঙফম্নরম্মী।"

وَأَمَّا ٱلَّذِينَ ٱبْيَضَّتْ وُجُوهُهُمْ فَفِى رَحْمَةِ ٱللَّهِ هُمْ فِيهَا خَٰلِدُونَ ﴿١٠٧﴾

১০৮। অদুগা মমায় ঙৌবশিংদো—মখোইবু পীবিগনি (চঙজফম) অল্লাহগী থৌজালদা; মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগনি (নুংঙাইবা ফম্বৈননা)।

تِلْكَ ءَايَٰتُ ٱللَّهِ نَتْلُوهَا عَلَيْكَ بِٱلْحَقِّ ۗ وَمَا ٱللَّهُ يُرِيدُ ظُلْمًا لِّلْعَٰلَمِينَ ﴿١٠٨﴾

১০৯। পুম্নমকসি পাওজেনশিংনি অল্লাহগীঃ ঐখোইনা লীবিরিবনি নংঙোন্দা লোয়ননা অচুম্বগা। অদুগা অল্লাহনা তৌবিনীংদে অরানবা করিমতা (মহাক্কী) জীবশিংদা।

১১০। অদুগা অল্লাহগী ঙাকনি আসমানদা লৈরিবা-পুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা-পুম্বা; অমসুং অল্লাহদা হনজনফমনি থবক পুম্নমক্কী (রা লেপ্পবগীদমক)।

وَلِلَّهِ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَمَا فِي الْأَرْضِ وَإِلَى اللَّهِ تُرْجَعُ الْأُمُورُ ﴿١١٠﴾

১২ শুবা রুকূ

১১১। নখোই খ্বাইদগী হেন্না ফবা জাতিনি পুথোকপিখিবা মীওইবা জাতিগীদমক; নখোই পীয়ু নয়াথং অচুম্বা চৎহন্নবগী অমসুং থিংঙু ফত্তবা তৌদনবগী অমসুং থাজৌ অল্লাহবু। অদুগা কিতাব (হান্না) ফংখ্রবা মীশিংনা করিগুম্বা অচুম্বা থাজরমলবদি, মখোইগী হেন্না ফবা হায়বদু ওইরমগনি। মখোইগী মরক্তা খরনা অচুম্বা থাজবশিংনি, তৌইগুম্বসুং অয়াম্বনা লমকেৎ-লমহাইবশিংনি।

كُنْتُمْ خَيْرَ أُمَّةٍ أُخْرِجَتْ لِلنَّاسِ تَأْمُرُونَ بِالْمَعْرُوفِ وَتَنْهَوْنَ عَنِ الْمُنْكَرِ وَتُؤْمِنُونَ بِاللَّهِ وَلَوْ آمَنَ أَهْلُ الْكِتٰبِ لَكَانَ خَيْرًا لَّهُمْ مِنْهُمُ الْمُؤْمِنُونَ وَأَكْثَرُهُمُ الْفٰسِقُونَ ﴿١١١﴾

১১২। মখোইনা ঙমলোই মাঙহন-তাহনবা নখোইবু হায়ফেত্তং শোকহনবা নত্তনা। তৌইগুম্বসুং মখোইনা লড়াই তৌনরবদি নখোইগা, মখোই মমায় ওন্দুনা চেনগনি। মতমদুদা মখোইবু করিসু তেংবাংবিরোই।

لَنْ يَضُرُّوكُمْ إِلَّا أَذًى وَإِنْ يُقٰتِلُوكُمْ يُوَلُّوكُمُ الْأَدْبَارَ ثُمَّ لَا يُنْصَرُونَ ﴿١١٢﴾

১১৩। হন্থবা ফিবমনা মখোইগী দশা য়ুমথুংনি মখোইনা লৈবা-লৈবা মফমদা, নত্তনা মখোইবু ঙাকপিদ্রবদি অল্লাহদগী অমসুং ঙাকপিদ্রবদি (অতোপ্পা) মীশিংদগী; তৌইগুম্বসুং মখোই লাংথুনখ্রবনি অল্লাহগী অশাউবদা অমসুং থোমজিনখ্রবনি মখোইদা য়ৌনা ব্রাবা। মসিগী মরমদি মখোইনা য়াখিদে অল্লাহগী পাওজেনশিংবু অমসুং হাৎখি নবীশিংবু ইচুম-চুমদনা। মসিগী মরমদি মখোই য়াথং হীকতোকখি অমসুং কা হেন্দোকখি।

ضُرِبَتْ عَلَيْهِمُ الذِّلَّةُ أَيْنَ مَا ثُقِفُوا إِلَّا بِحَبْلٍ مِنَ اللَّهِ وَحَبْلٍ مِنَ النَّاسِ وَبَاءُو بِغَضَبٍ مِنَ اللَّهِ وَضُرِبَتْ عَلَيْهِمُ الْمَسْكَنَةُ ذٰلِكَ بِأَنَّهُمْ كَانُوا يَكْفُرُونَ بِآيٰتِ اللَّهِ وَيَقْتُلُونَ الْأَنْبِيَاءَ بِغَيْرِ حَقٍّ ذٰلِكَ بِمَا عَصَوْا وَكَانُوا يَعْتَدُونَ ﴿١١٣﴾

১১৪। মখোই লোয়নমক চপ মান্নদে। কিতাব ফংখ্রবশিংগী মরক্তা কাঙবু অমদি মপুকচেন তিংই, মখোইনা পাই অল্লাহগী পাওজেনশিং

لَيْسُوا سَوَاءً مِنْ أَهْلِ الْكِتٰبِ أُمَّةٌ قَائِمَةٌ يَتْلُونَ آيٰتِ اللَّهِ آنَاءَ الَّيْلِ وَهُمْ يَسْجُدُونَ ﴿١١٤﴾

يُؤْمِنُونَ بِاللَّهِ وَالْيَوْمِ الْآخِرِ وَيَأْمُرُونَ بِالْمَعْرُوفِ وَيَنْهَوْنَ عَنِ الْمُنكَرِ وَيُسَارِعُونَ فِي الْخَيْرَاتِ ۖ وَأُولَٰئِكَ مِنَ الصَّالِحِينَ ﴿١١٤﴾

অহিংগী মতমদা অমসুং মখোইনা সজদহ তৌই (মহাকপু)।

وَمَا يَفْعَلُوا مِنْ خَيْرٍ فَلَن يُكْفَرُوهُ ۗ وَاللَّهُ عَلِيمٌ بِالْمُتَّقِينَ ﴿١١٥﴾

১১৫। মখোইনা থাজে অল্লাহবু অমসুং অরোয়বা নুমিৎপু অমসুং মখোইনা য়াথংনৈ (মীশিংবু) অচুম্বা লম্বীনবগী অমসুং ফত্তবা তৌদনবগী অমসুং মথক থোংনবা তাম্নৈ অফবা থবকশিংদা। অদুগা মখোইসি মনুং চল্লি ধর্ম্ম লৈবশিংগী।

১১৬। অদুগা মখোইনা তৌবা অফবমখৈগী, মখোইবু পীদবা তৌবিরোই মদুগী (মহৈ); অমসুং অল্লাহনা মুল্লা খঙই ধর্ম্ম কায়দবশিংবু।

إِنَّ الَّذِينَ كَفَرُوا لَن تُغْنِيَ عَنْهُمْ أَمْوَالُهُمْ وَلَا أَوْلَادُهُم مِّنَ اللَّهِ شَيْئًا ۖ وَأُولَٰئِكَ أَصْحَابُ النَّارِ ۚ هُمْ فِيهَا خَالِدُونَ ﴿١١٦﴾

১১৭। থাজ্ঞৈশেংবমক অচুম্বা থাজদবশিংদো, মখোইগী মরন-মথুম নত্তগা মখোইগী মচা-মশুশিংনা কান্নবা করিসু পীরোই মখোইদা অল্লাহগা মায়োক্কবদা। অদুগা মখোইসি মরূপশিংনি থাম্বি মৈগী; মদুগী মনুংদা মখোই অদুম লৈরগনি।

مَثَلُ مَا يُنفِقُونَ فِي هَٰذِهِ الْحَيَاةِ الدُّنْيَا كَمَثَلِ رِيحٍ فِيهَا صِرٌّ أَصَابَتْ حَرْثَ قَوْمٍ ظَلَمُوا أَنفُسَهُمْ فَأَهْلَكَتْهُ ۚ وَمَا ظَلَمَهُمُ اللَّهُ وَلَٰكِنْ أَنفُسَهُمْ يَظْلِمُونَ ﴿١١٧﴾

১১৮। পান্দম অমদি মখোইনা (নিনি পানবা) তাইবঙ পুন্সিদা (ফত্তরম লম্বীনবদা) খরচ তৌবদি উনলেন নুংশিৎগুম্বনি, মদুনা থোমগায় লৌবুক্তা থাবা মহৈ-মরোংশিং মশাবু মশামক্তা অরানবা লম্বীনহনবা মীশিংগী অমসুং মাঙ-তাকহল্লি মদু। অদুগা অল্লাহনা তৌবিদে অরানবা মখোইবু তৌইগুম্বসুং মখোই মশানা তৌজবনি অরানবা মশামক্তদা।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا لَا تَتَّخِذُوا بِطَانَةً مِّن دُونِكُمْ لَا يَأْلُونَكُمْ خَبَالًا وَدُّوا مَا عَنِتُّمْ قَدْ بَدَتِ الْبَغْضَاءُ مِنْ أَفْوَاهِهِمْ وَمَا تُخْفِي صُدُورُهُمْ أَكْبَرُ ۚ قَدْ بَيَّنَّا لَكُمُ الْآيَاتِ ۖ إِن كُنتُمْ

১১৯। হে অচুম্বা থাজবশিং! চান্ন-চিন্ননা মরূপনগনু অতোপ্পা (মীশিং) গা নখোইগী মীশিং নত্তনা; মখোইনা করিসু হালেঙদে মাঙনবা তৌবদা নখোইবু। মখোইনা নীংদৌমখৈ নীংঙ্গিবনি নখোইবু রাহন্নবা। কম্না তুক্কচবগী ঈহুল হান্নবা ফোংদোকখ্রবনি মখোইগী মচীনশিংদগী; তৌইগুম্বসুং মখোইগী মথম্মোইশিংদা নুংথুপননা লৈরিবা অদুনা হেন্না চাওবা (দুশমনীগী) মলমনি।

تَعْقِلُوْنَ ﴿١١٨﴾

থাঙ্গৈশেংবমক ঐখোইনা তশেংহনবি ঐখোইগী পাওজেনশিং নখোইদা, নখোইনা খঙবা ঙমজরবদি।

هٰٓاَنْتُمْ اُولَآءِ تُحِبُّوْنَهُمْ وَلَا يُحِبُّوْنَكُمْ وَتُؤْمِنُوْنَ بِالْكِتٰبِ كُلِّهٖ ۚ وَاِذَا لَقُوْكُمْ قَالُوْٓا اٰمَنَّا ۚۖ وَاِذَا خَلَوْا عَضُّوْا عَلَيْكُمُ الْاَنَامِلَ مِنَ الْغَيْظِ ؕ قُلْ مُوْتُوْا بِغَيْظِكُمْ ؕ اِنَّ اللّٰهَ عَلِيْمٌۢ بِذَاتِ الصُّدُوْرِ ﴿١١٩﴾

১২০। য়েংউ নখোইনদি মখোইবু নুংশিদুনা দে-দে তৌই, তৌইগুম্বসুং মখোইনদি নুংশিদে নখোইবু। অদুগা নখোইদি থাজবনি কিতাব পুম্নমকবু। অদুগা মখোইনা নখোইগা উনবদা, মখোইনা হায় ঃ "ঐখোই অচুম্বা থাজখ্রবনি ;" তৌইগুম্বসুং মখোইতা নাইতোম লৈবা মতমদা, মখোইনা (কক) হেক চিকই মখুৎশা মতোনশিং নখোইবু শাউনীংদুনা। হায়যু (মখোইদা) ঃ "শিরো নখোই অদুম শাউবদা।" তশেংবমক অল্লাহনা খঙই (নখোইগী) নথম্মোইনুংশিংদা লোৎশিন্দুনা লৈবদু।

اِنْ تَمْسَسْكُمْ حَسَنَةٌ تَسُؤْهُمْ ۖ وَاِنْ تُصِبْكُمْ سَيِّئَةٌ يَّفْرَحُوْا بِهَا ؕ وَاِنْ تَصْبِرُوْا وَتَتَّقُوْا لَا يَضُرُّكُمْ كَيْدُهُمْ شَيْـًٔا ؕ اِنَّ اللّٰهَ بِمَا يَعْمَلُوْنَ مُحِيْطٌ ﴿١٢٠﴾

১২১। নখোইদা অফবা থোরকপদা, মখোই অরাবা শরুকনৈ ; অমসুং নখোইনা অৱা-অনংবদা তারগা, মখোইনা হরাওই মদুদা। তৌইগুম্বসুং নখোইনা অখাং কল্লবা অমসুং ভক্তি লৈরবদি, মখোইগী থৌরাংনা করিসু মাঙহনবা ঙমলোই নখোইবু। তশেংবমক অল্লাহনা পুংকোয়-কোয়শল্লি মখোইনা তৌবা (পুম্নমক)।

وَاِذْ غَدَوْتَ مِنْ اَهْلِكَ تُبَوِّئُ الْمُؤْمِنِيْنَ مَقَاعِدَ لِلْقِتَالِ ؕ وَاللّٰهُ سَمِيْعٌ عَلِيْمٌ ﴿١٢١﴾

১২২। অদুগা (নীংশিঙউ মতমদু) নংনা চৎখিবদু ইনুং শোরা তৈনা ঙাম্লকপদা নংগী ইমুংদগী থোক্তুনা, অচুম্বা থাজবশিংবু মফম শীনবগী (উহুদকী) লানগীদমক ; অমসুং অল্লাহদি (রা) পুম্নমক তাবনি, (পাও) পুম্নমক খঙবনি।

اِذْ هَمَّتْ طَّآئِفَتٰنِ مِنْكُمْ اَنْ تَفْشَلَا ۙ وَاللّٰهُ وَلِيُّهُمَا ؕ وَعَلَى اللّٰهِ فَلْيَتَوَكَّلِ الْمُؤْمِنُوْنَ ﴿١٢٢﴾

১২৩। (নীংশিংঙউ) নংগী খুৎপু তানি তুফক-তুফাই চন নুংবংনবা নাতাওম তৌখি, তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা ওইবিখি ঙাক-শেনবিবা মরূপ মখোই অনিমক্কী। অদুগা অল্লাহদা অচুম্বা থাজবশিংনা আশা তৌগদবনি।

وَلَقَدْ نَصَرَكُمُ اللّٰهُ بِبَدْرٍ وَّاَنْتُمْ اَذِلَّةٌ ۚ فَاتَّقُوا

১২৪। অদুগা অল্লাহনা তশেংনমক তেংবাংবিখি

নখোইবু বদর (গী লান) দা নখোইনা নপাঙ্গল শোল্লিঙৈদা ; মরম অদুনা কিয়ু অল্লাহবু, অদুনা নখোইনা উৎচনবা তৌবিমল খঙবা।

ٱللَّهَ لَعَلَّكُمْ تَشْكُرُونَ ۝١٢٣

১২৫। (নীংশিঙঙ্ মতমদু) নংনা হায়খি অচুম্বা থাজবশিংদা "নখোইবু ওক্তুরিব্রা নখোইগী মপুনা তেংবাংবিগনি নখোইবু ফরিশতহ লিশিং অহুম থাবিরক্লুনা ?"

إِذْ تَقُولُ لِلْمُؤْمِنِينَ أَلَن يَكْفِيَكُمْ أَن يُمِدَّكُمْ رَبُّكُم بِثَلَٰثَةِ ءَالَٰفٍ مِّنَ ٱلْمَلَٰٓئِكَةِ مُنزَلِينَ ۝١٢٤

১২৬। ওকলে নখোইনা ওইরবদি অইন-কনবা অমসুং ভক্তি লৈবা, অমসুং মখোইনা লাল খংতা তাশল্লকলবদি নখোইগী নথক্তা, নখোইগী মপুনা তেংবাংবিগনি নখোইবু থাবিরক্লুনা ফরিশতহ লিশিং মঙা, য়াম্না কনবা লান্দাহন্নবা।

بَلَىٰٓ ۚ إِن تَصْبِرُوا۟ وَتَتَّقُوا۟ وَيَأْتُوكُم مِّن فَوْرِهِمْ هَٰذَا يُمْدِدْكُمْ رَبُّكُم بِخَمْسَةِ ءَالَٰفٍ مِّنَ ٱلْمَلَٰٓئِكَةِ مُسَوِّمِينَ ۝١٢٥

১২৭। অদুগা অল্লাহনা তৌবিখি মসিতমক হরাওবা পাও ওইনা নখোইগীদমক অমসুং নথম্মোইশিং ঈংথনবগী; অমসুং মতেংদি লাকপনি অল্লাহতদগী, (মহাক্তি) পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَمَا جَعَلَهُ ٱللَّهُ إِلَّا بُشْرَىٰ لَكُمْ وَلِتَطْمَئِنَّ قُلُوبُكُم بِهِۦ ۗ وَمَا ٱلنَّصْرُ إِلَّا مِنْ عِندِ ٱللَّهِ ٱلْعَزِيزِ ٱلْحَكِيمِ ۝١٢٦

১২৮। অদুনা মহাকনা ককথৎপিখ্রগনি (মাংথাবা) শরুক অমা অচুম্বা থাজদবশিংগী নত্ত্রগা নমথহনবিগনি মখোইবু অদুনা মখোই হনখিগনি নীংবা কায়দুনা।

لِيَقْطَعَ طَرَفًا مِّنَ ٱلَّذِينَ كَفَرُوٓا۟ أَوْ يَكْبِتَهُمْ فَيَنقَلِبُوا۟ خَآئِبِينَ ۝١٢٧

১২৯। (মখোইনা তৌবা থবকশিংগী মরমদা) নংগী নথৌ করিসু লৈতেঃ (অল্লাহ) মহাকনা চানবিবা য়াই মখোইবু কৃপা তৌনা নত্ত্রগা চৈরাক থাবিবসু য়াই মখোইবু; করিনা হায়ববু মখোই অরানবা লম্বীনবশিংনি।

لَيْسَ لَكَ مِنَ ٱلْأَمْرِ شَىْءٌ أَوْ يَتُوبَ عَلَيْهِمْ أَوْ يُعَذِّبَهُمْ فَإِنَّهُمْ ظَٰلِمُونَ ۝١٢٨

১৩০। অদুগা অল্লাহগী ঙাকনি আসমানদা লৈরিবা-পুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা-পুম্বা। মহাকনা কোকপি মহাকনা চানবিবা (মতিক চাবা) শিংবু অমসুং চৈরাক থাবি মহাকনা থাবিনীংবা (মতিক থোকপ) শিংবু। অদুগা অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَلِلَّهِ مَا فِى ٱلسَّمَٰوَٰتِ وَمَا فِى ٱلْأَرْضِ ۚ يَغْفِرُ لِمَن يَشَآءُ وَيُعَذِّبُ مَن يَشَآءُ ۚ وَٱللَّهُ غَفُورٌ رَّحِيمٌ ۝١٢٩

১৪ শুবা রুকূ

১৩১। হে অচুম্বা থাজবশিং! শেন্থোই চাগনু শরুক অনি মরি হেনগৎনা লৌদুনা; অমসুং অল্লাহবু কিয়ু, অদুনা নখোই ফংনবা নমায় পাকপা।

يَاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا لَا تَاْكُلُوا الرِّبٰوٓا اَضْعَافًا مُّضٰعَفَةً وَّاتَّقُوا اللّٰهَ لَعَلَّكُمْ تُفْلِحُوْنَ ﴿١٣١﴾

১৩২। অমসুং কিয়ু খাম্বি মৈবু মদু তৈয়ার তৌবিখ্রে লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগীদমক্তা।

وَاتَّقُوا النَّارَ الَّتِيْٓ اُعِدَّتْ لِلْكٰفِرِيْنَ ﴿١٣٢﴾

১৩৩। অমসুং ইল্লু অল্লাহ অমসুং রসুলনা হায়বদা অদুনা নখোইবু ঙাকপি-কনবিনবা।

وَاَطِيْعُوا اللّٰهَ وَالرَّسُوْلَ لَعَلَّكُمْ تُرْحَمُوْنَ ﴿١٣٣﴾

১৩৪। অদুগা চেনশল্লু ফংহৌনবগী কোকপিবা নখোইগী মপুদগী, অমসুং স্বর্গ লৈকোন মদুগী মমলদি আসমান অমসুং পৃথিবীমুক্কনি। মদু শেম-শাদুনা থমম্লবনি ধর্ম্ম ফম্বৈনবশিংগী-দমক্তা—

وَسَارِعُوْٓا اِلٰى مَغْفِرَةٍ مِّنْ رَّبِّكُمْ وَجَنَّةٍ عَرْضُهَا السَّمٰوٰتُ وَالْاَرْضُ اُعِدَّتْ لِلْمُتَّقِيْنَ ﴿١٣٤﴾

১৩৫। মখোইনা তৌই খরচ নুংঙাইবা অমসুং অৱাবা (মতম) দা অমসুং মখোইনা নমথৈ (মখোইগী) অশাউবা অমসুং ঙাকপি মীশিংগী মরাল। অদুগা অল্লাহনা নুংশিবি অফবা খানবশিংবু (অতোপ্পদা)।

الَّذِيْنَ يُنْفِقُوْنَ فِي السَّرَّآءِ وَالضَّرَّآءِ وَالْكٰظِمِيْنَ الْغَيْظَ وَالْعَافِيْنَ عَنِ النَّاسِ ۗ وَاللّٰهُ يُحِبُّ الْمُحْسِنِيْنَ ﴿١٣٥﴾

১৩৬। অদুগা মখোইনা করিগুম্বা লূদবা থবক অমা হেক তৌরুবগা নত্ত্রগা মশামকপু অরানবা খোঙফমহন্নরুরগা, নীংশিঙই অল্লাহবু অমসুং হঙ্গৎচৈ ঙাকপিনবগী মখোইগী মপাপশিং; করিননো হায়ববু কনানা কোকপিগনি পাপ অল্লাহ নত্তুনা?-অদুগা মখোই অনম কনশিন্দে মখোইনা তৌখিবা (অরানবা) অদুদা খঙনা-খঙনা।

وَالَّذِيْنَ اِذَا فَعَلُوْا فَاحِشَةً اَوْ ظَلَمُوْٓا اَنْفُسَهُمْ ذَكَرُوا اللّٰهَ فَاسْتَغْفَرُوْا لِذُنُوْبِهِمْ ۗ وَمَنْ يَّغْفِرُ الذُّنُوْبَ اِلَّا اللّٰهُ ۗ وَلَمْ يُصِرُّوْا عَلٰى مَا فَعَلُوْا وَهُمْ يَعْلَمُوْنَ ﴿١٣٦﴾

১৩৭। মখোইসিগী মনা-মথিন্দি ঙাকপিবনি মখোইগী মপুদগী অমসুং স্বর্গ লৈকোন্নি ঃ মখা অদুদা (লিক্লাই মহীনরবী) তুরেলশিং (ঈপান চাওনা) ঈচেল্লি, মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগনি (লোম্বা লৈতন)। অদুগা কয়াদা ফখুবা মনা-মথিননো (অফবা) থবক তৌবশিংগী!

اُولٰٓئِكَ جَزَآؤُهُمْ مَّغْفِرَةٌ مِّنْ رَّبِّهِمْ وَجَنّٰتٌ تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ خٰلِدِيْنَ فِيْهَا ۗ وَنِعْمَ اَجْرُ الْعٰمِلِيْنَ ﴿١٣٧﴾

১৩৮। থাঙ্গৈশিংবমক লৈরমখ্রে (ধর্ম্মগী) মত কয়া নখোইগী মমাংদা, মরম অদুনা নখোই কোয়যু পৃথিবীদুম অমসুং য়েংউ করি পোল্লোই থোকখিবা (নবীশিংবু) তৌবিখিবশিংদু মীনম্বশিংনি হায়না।

قَدْ خَلَتْ مِن قَبْلِكُمْ سُنَنٌ فَسِيرُوا فِي الْأَرْضِ فَانظُرُوا كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الْمُكَذِّبِينَ ﴿١٣٧﴾

১৩৯। (কুরআন) অসি তশেংনা লাউথোক-পিবনি তাইবঙ মীওইবশিংদা অমসুং লমজিংনি অমসুং পাওমেন্নি ধর্ম্ম ফম্নৈনবশিংদা।

هَٰذَا بَيَانٌ لِّلنَّاسِ وَهُدًى وَمَوْعِظَةٌ لِّلْمُتَّقِينَ ﴿١٣٨﴾

১৪০। অদুগা পুকনিং হন্থগনু নত্তগা ৱাশিনগনু, করিনা হায়ববু নখোইনা মথক থোংগনি নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা থাজবশিং।

وَلَا تَهِنُوا وَلَا تَحْزَنُوا وَأَنتُمُ الْأَعْلَوْنَ إِن كُنتُم مُّؤْمِنِينَ ﴿١٣٩﴾

১৪১। নখোইনা ফংখ্রবসু অমাঙবা অমা, তশেংবমক (লমফৈ-খোঙফম্নবা) মীশিংনা ফংখ্রে মান্নবা অমাঙবা অমা। অদুগা ঐখোইনা ওন্ন-ওন্ননা থোকহল্লি (লায়বক ফবা অমসুং থীবগী) নুমিৎশিং মীওইবশিংদা, অদুনা অল্লাহনা তোঙান্না খন্দোক্লবা অচুম্বা থাজবশিংবু অমসুং মহাকনা খনগৎনবা সাক্ষীশিং নখোইগী মরক্তগী। অদুগা অল্লাহনা নুংশিবিদে অরানবা লম্বীনবশিংবু;

إِن يَمْسَسْكُمْ قَرْحٌ فَقَدْ مَسَّ الْقَوْمَ قَرْحٌ مِّثْلُهُ ۚ وَتِلْكَ الْأَيَّامُ نُدَاوِلُهَا بَيْنَ النَّاسِ وَلِيَعْلَمَ اللَّهُ الَّذِينَ آمَنُوا وَيَتَّخِذَ مِنكُمْ شُهَدَاءَ ۗ وَاللَّهُ لَا يُحِبُّ الظَّالِمِينَ ﴿١٤٠﴾

১৪২। অমসুং অল্লাহনা শেংদোকপিবা য়াই অচুম্বা থাজবশিংবু অমসুং মাঙহনবিবা য়াই লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু।

وَلِيُمَحِّصَ اللَّهُ الَّذِينَ آمَنُوا وَيَمْحَقَ الْكَافِرِينَ ﴿١٤١﴾

১৪৩। নখোইনা খনব্রা নখোই হেক্তমক চঙলগনি হায়না স্বর্গ লৈকোন্দা অল্লাহনা তোঙান্না খন্দোক-হন্দরিঙৈদা নখোইগী মরক্তগী কনা কনা হোৎনবা কনবা (মহাক্কী লম্বীদা) অমসুং তোঙান্না খন্দোক-হন্দরিঙৈদা অখাংকনবশিং?

أَمْ حَسِبْتُمْ أَن تَدْخُلُوا الْجَنَّةَ وَلَمَّا يَعْلَمِ اللَّهُ الَّذِينَ جَاهَدُوا مِنكُمْ وَيَعْلَمَ الصَّابِرِينَ ﴿١٤٢﴾

১৪৪। অদুগা নখোই তশেংনমক শিনীংলম্মী নখোইনা থেংনদরিঙৈদা মদু; হৌজিক তশেংনমক নখোইনা উরে মদু (মায়োক্লনা) অসুম য়েংলিঙৈদা।

وَلَقَدْ كُنتُمْ تَمَنَّوْنَ الْمَوْتَ مِن قَبْلِ أَن تَلْقَوْهُ فَقَدْ رَأَيْتُمُوهُ وَأَنتُمْ تَنظُرُونَ ﴿١٤٣﴾

• ১৫ শুবা রুকূ

১৪৫। অদুগা মুহম্মদ করিসু ওইখিদে রসুল অমা নত্তনা। তশেংবমক রসুল (পুম্নমক) শিখ্রে মহাক্কী মমাংদা। মহাক শিখ্রবদি নত্ত্রগা হাৎত্রবদি নখোই তুং হন্দুনা চেল্লগে হায়রব্রা? অদুগা কনাগুম্বনা তুং হন্দুনা চেনখিবনা, অমাঙবা করিসু ওইহল্লোই অল্লাহদা; অমসুং অল্লাহনা পীবিগনি মনা-মথিন তৌবিমল খঙবদা।

وَمَا مُحَمَّدٌ إِلَّا رَسُولٌ قَدْ خَلَتْ مِنْ قَبْلِهِ الرُّسُلُ ۚ أَفَإِنْ مَاتَ أَوْ قُتِلَ انْقَلَبْتُمْ عَلَىٰ أَعْقَابِكُمْ ۚ وَمَنْ يَنْقَلِبْ عَلَىٰ عَقِبَيْهِ فَلَنْ يَضُرَّ اللَّهَ شَيْئًا ۗ وَسَيَجْزِي اللَّهُ الشَّاكِرِينَ ۝

১৪৬। অদুগা থৱাই অমতা শিবা য়াদে অল্লাহগী হুকুম নত্তনা—(শিবগী) মতম য়েক্সুনা লৈখ্রে। অদুগা কনাগুম্বনা পামলবদি মহে হন্দক্কী মপোক্কী, ঐখোইনা পীবিগনি মহাকপু মদুগী; তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা পামলবদি মহে শিরবা মতুংগী পুন্সিগী, ঐখোইনা পীবিগনি মহাকপু মদুগী; অমসুং ঐখোইনা পীবিগনি মহে তৌবিমল খঙবশিংদা।

وَمَا كَانَ لِنَفْسٍ أَنْ تَمُوتَ إِلَّا بِإِذْنِ اللَّهِ كِتَابًا مُؤَجَّلًا ۗ وَمَنْ يُرِدْ ثَوَابَ الدُّنْيَا نُؤْتِهِ مِنْهَا وَمَنْ يُرِدْ ثَوَابَ الْآخِرَةِ نُؤْتِهِ مِنْهَا ۚ وَسَنَجْزِي الشَّاكِرِينَ ۝

১৪৭। অদুগা নবী কয়া লৈরমখ্রে মখোইগা লোয়ননা মতুংইনবা কয়ানা লড়াই তৌরমখ্রে (অল্লাহগী লম্বীদা)। মওং মতাদুদা মখোই থৌজংদবা করিসু লৈখিদে অৱাবা থোকত্রবা ফাওবদা মখোইদা অল্লাহগী লম্বীদা, নত্ত্রগা মখোই শোন্থখিদে নত্ত্রগা মখোই তোন্থহনখিদে মশামকপু (য়েক্নবশিংগী মমাংদা)। অদুগা অল্লাহনা নুংশিবি অইন-কনবশিংবু।

وَكَأَيِّنْ مِنْ نَبِيٍّ قَاتَلَ مَعَهُ رِبِّيُّونَ كَثِيرٌ فَمَا وَهَنُوا لِمَا أَصَابَهُمْ فِي سَبِيلِ اللَّهِ وَمَا ضَعُفُوا وَمَا اسْتَكَانُوا ۗ وَاللَّهُ يُحِبُّ الصَّابِرِينَ ۝

১৪৮। অদুগা মখোইনা করিসু হায়খিদে অসি হায়বা নত্তনাঃ "ঐখোইগী মপুও! কোকপিয়ু ঐখোইবু ঐখোইগী ইপাপশিংদগী অমসুং ঐখোইনা কা হেনখিবগী ঐখোইগী থবকশিংদা অমসুং চেৎহনবিয়ু ঐখোইগী খোঙফম অমসুং তেংবাংবিয়ু ঐখোইবু লমফৈ-কোঙফম্নবশিংগা মায়োক্নবদা।

وَمَا كَانَ قَوْلَهُمْ إِلَّا أَنْ قَالُوا رَبَّنَا اغْفِرْ لَنَا ذُنُوبَنَا وَإِسْرَافَنَا فِي أَمْرِنَا وَثَبِّتْ أَقْدَامَنَا وَانْصُرْنَا عَلَى الْقَوْمِ الْكَافِرِينَ ۝

১৪৯। মরম অদুনা অল্লাহনা পীবিখি মখোইদা মহে সংসার অসিগী অমসুং অফবা মহে শিরবা

فَآتَاهُمُ اللَّهُ ثَوَابَ الدُّنْيَا وَحُسْنَ ثَوَابِ الْآخِرَةِ

وَاللّٰهُ يُحِبُّ الْمُحْسِنِيْنَ ﴿١٤٨﴾

মতুংগী পুন্সিদা। অদুগা অল্লাহনা নুংশিবি অফবা খানবশিংবু (অতোপ্পদা)।

## ১৬ শুবা রুকূ

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْٓا اِنْ تُطِيْعُوا الَّذِيْنَ كَفَرُوْا يَرُدُّوْكُمْ عَلٰٓى اَعْقَابِكُمْ فَتَنْقَلِبُوْا خٰسِرِيْنَ ﴿١٤٩﴾

১৫০। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোইনা হায়বা ইল্লবদি লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী, মখোইনা নখোইবু তুং হন্দোকহনবিগ্নগনি (ধর্ম্মদগী), মরম অদুনা নখোই ওইখ্রগনি অমাঙবশিং।

بَلِ اللّٰهُ مَوْلٰىكُمْ ۚ وَهُوَ خَيْرُ النّٰصِرِيْنَ ﴿١٥٠﴾

১৫১। (মদু তৌবা য়াবা) নত্তে, অল্লাহদি নখোইগী য়োকখৎ-শৌগৎপিবনি; অমসুং মহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না অফবনি তেংবাংবশিংগী।

سَنُلْقِيْ فِيْ قُلُوْبِ الَّذِيْنَ كَفَرُوا الرُّعْبَ بِمَآ اَشْرَكُوْا بِاللّٰهِ مَا لَمْ يُنَزِّلْ بِهٖ سُلْطٰنًا ۚ وَمَاْوٰىهُمُ النَّارُ ۗ وَبِئْسَ مَثْوَى الظّٰلِمِيْنَ ﴿١٥١﴾

১৫২। ঐখোইনা হুনজিনবিগনি অকিবা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী মথম্মোইনুংশিংদা মরমদি মখোইনা থৈজিল্লি মশরুক য়ামিন্নবশিং অল্লাহদা, মদুগী দমক মহাকনা পীখিদে করিগুম্বা অধিকার অমতা; অমসুং মখোইগী লৈফমদি খাম্বি মৈকোন্দনি। অদুগা ফত্তবনি লৈফমদু অরানবা লম্বীনবশিংগী।

وَلَقَدْ صَدَقَكُمُ اللّٰهُ وَعْدَهٗٓ اِذْ تَحُسُّوْنَهُمْ بِاِذْنِهٖ ۚ حَتّٰٓى اِذَا فَشِلْتُمْ وَتَنَازَعْتُمْ فِى الْاَمْرِ وَعَصَيْتُمْ مِّنْۢ بَعْدِ مَآ اَرٰىكُمْ مَّا تُحِبُّوْنَ ۗ مِنْكُمْ مَّنْ يُّرِيْدُ الدُّنْيَا وَمِنْكُمْ مَّنْ يُّرِيْدُ الْاٰخِرَةَ ۚ ثُمَّ صَرَفَكُمْ عَنْهُمْ لِيَبْتَلِيَكُمْ ۚ وَلَقَدْ عَفَا عَنْكُمْ ۗ وَاللّٰهُ ذُوْ فَضْلٍ

১৫৩। অদুগা অল্লাহনা তশেংবমক থুংহনবিগ্রে মহাক্কী রাশক নখোইদা। (লান হৌবমক্তদা) নখোইনা (তাল্লা-তাল্লা) হাৎখি (ধর্ম্ম চত্তবশিংবু) মহাক্কী হুকুমনা, অসি য়ৌবফাত্তবা মদুদি নখোই থৌশারকখিদে অমসুং নিংঙাই শন্দান্নবা হৌখি য়াথংগী মরমদা অমসুং নখোইনা হায়বা ইনখিদে মহাকনা উহনবিখ্রবা মতুংদা নখোইদা নখোইনা পামজরম্বা (জয়) দু। নখোইগী মরক্তা খরনা পামলম্মী (অপান-অরং) সংসার অসিগী অমসুং নখোইগী মরক্তা খরনা পামলম্মী (নুংঙাই-য়াইফবা) শিরবা মতুংগী পুন্সিগী। মরম অদুনা মহাকনা নমায় ওন্থোকহনবিখি নখোইবু মখোইদগী, অদুনা মহাকনা চাং য়েংবিনবা নখোইবু; অদুম ওইনা ওইনমক মহাকনা তশেংনমক ঙাকপিখি নখোইবু; করিনা হায়ববু

عَلَى الْمُؤْمِنِينَ

অল্লাহদি থোইদোক্লা থৌজালবিহৈবনি অচুম্বা থাজবশিংদা।

إِذْ تُصْعِدُونَ وَلَا تَلْوُونَ عَلَىٰ أَحَدٍ وَالرَّسُولُ يَدْعُوكُمْ فِي أُخْرَاكُمْ فَأَثَابَكُمْ غَمًّا بِغَمٍّ لِكَيْلَا تَحْزَنُوا عَلَىٰ مَا فَاتَكُمْ وَلَا مَا أَصَابَكُمْ وَاللَّهُ خَبِيرٌ بِمَا تَعْمَلُونَ

১৫৪। নখোইনা (চেন্না-চেন্না) লাপ্না চৎখ্রবদা অমসুং হন্না য়েংলমখিদবদা কনা অমতবু, (নখোইগী) রসুলনা কৌখি নখোইবু নতুংদগী। মরম অদুনা (অল্লাহ) মহাকনা থোমজিনবিখি নখোইদা (অতোপ্পা) অরাবা অমা (অহানবগী) অরাবদা, অদুনা নখোই ৱাফম থোক্তে নখোইনা নাংথোকখিবগী (জয়) নত্ত্রগা (নুংঙাইতবা) থোকখিবগী নখোইদা। অদুগা অল্লাহদি খবররালানি নখোইনা তৌরিবা-পুম্বা।

ثُمَّ أَنزَلَ عَلَيْكُم مِّن بَعْدِ الْغَمِّ أَمَنَةً نُّعَاسًا يَغْشَىٰ طَائِفَةً مِّنكُمْ وَطَائِفَةٌ قَدْ أَهَمَّتْهُمْ أَنفُسُهُمْ يَظُنُّونَ بِاللَّهِ غَيْرَ الْحَقِّ ظَنَّ الْجَاهِلِيَّةِ يَقُولُونَ هَل لَّنَا مِنَ الْأَمْرِ مِن شَيْءٍ قُلْ إِنَّ الْأَمْرَ كُلَّهُ لِلَّهِ يُخْفُونَ فِي أَنفُسِهِم مَّا لَا يُبْدُونَ لَكَ يَقُولُونَ لَوْ كَانَ لَنَا مِنَ الْأَمْرِ شَيْءٌ مَّا قُتِلْنَا هَاهُنَا قُل لَّوْ كُنتُمْ فِي بُيُوتِكُمْ لَبَرَزَ الَّذِينَ كُتِبَ عَلَيْهِمُ الْقَتْلُ إِلَىٰ مَضَاجِعِهِمْ وَلِيَبْتَلِيَ اللَّهُ مَا فِي صُدُورِكُمْ وَلِيُمَحِّصَ مَا فِي قُلُوبِكُمْ وَاللَّهُ عَلِيمٌ بِذَاتِ الصُّدُورِ

১৫৫। অদুগী তুংদা, অরাবা মতুংদা, মহাকনা থাবিরকখি অঙৈংবা নখোইদা, তুমনীংবনা লাকহৎপিখি নখোই কাণ্ডবু অমবু, অমসুং অতোপ্পা কাণ্ডবুদি খোইরাংলম্মী মখোই মশামক্কী, মখোইনা লান্না খনখি অল্লাহগী মরমদা অপঙ তাইবঙজাম্বগী ৱাখলগুম্না। মখোইনা হায়খি ঃ "ঐখোইগী করি খুৎ চঙনিঙঙাই লৈ য়াথং অসিদা?" হায়যু (মখোইদা) ঃ "য়াথং পুম্নমক অল্লাহগীনি।" মখোইনা লোৎশিল্লি মপুক-নুংশিংদা মখোইনা ফোংদোক্তবদু নংঙোন্দা। মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইনা করিগুম্বা খুৎ চঙলমলবদি য়াথং অসিদা ঐখোইবু হাৎলমলোই মফম অসিদা।" হায়যুঃ নখোই নয়ুম-নয়ুমদা লৈরমলগসু, শিযু হায়না মরায়বক্তা তমখ্রবা মখোইদো চৎলমগনি মখোইগী শিফম মফমশিংদা। অদুবু (পুম্নমকসি মতৌ অসুম্না থোকখ্রে) অল্লাহনা চাং য়েংবা ওইনা নখোইগী থবাক মনুংশিংদা লৈরিবদু অমসুং মহাকনা শেংদোকপিবা ওইনা নখোইগী থম্মোইনুংশিংদা লৈরিবদু। অদুগা অল্লাহনা মুন্না খঙই থম্মোইনুং-শিংদা লৈবদু।

إِنَّ الَّذِينَ تَوَلَّوْا مِنكُمْ يَوْمَ الْتَقَى الْجَمْعَانِ إِنَّمَا

১৫৬। নখোইগী মরক্তগী মখোই খঙচৎ-চৎখিবদু লাম্মী তেঙ্গোল অনি থেঙ্গায়নবা নুমিত্তা,

استَزَلَّهُمُ الشَّيْطٰنُ بِبَعْضِ مَا كَسَبُوْا ۚ وَلَقَدْ عَفَا اللّٰهُ عَنْهُمْ ۗ اِنَّ اللّٰهَ غَفُوْرٌ حَلِيْمٌ ۝

শৈতান্না নাথোকহনবিখি মখোইবু (ফত্তবা) থবক খরা মখোইনা তৌখিবা মরমগীদমক, তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা তশেংনমক ঙাকপিখি মখোইবু। থাঙ্গৈশেংবমক, অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, খাংবিহৈবনি।

১৭ শুবা রুকূ

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا لَا تَكُوْنُوْا كَالَّذِيْنَ كَفَرُوْا وَقَالُوْا لِاِخْوَانِهِمْ اِذَا ضَرَبُوْا فِى الْاَرْضِ اَوْ كَانُوْا غُزًّى لَّوْ كَانُوْا عِنْدَنَا مَا مَاتُوْا وَمَا قُتِلُوْا ۚ لِيَجْعَلَ اللّٰهُ ذٰلِكَ حَسْرَةً فِىْ قُلُوْبِهِمْ ۗ وَاللّٰهُ يُحْىٖ وَيُمِيْتُ ۗ وَاللّٰهُ بِمَا تَعْمَلُوْنَ بَصِيْرٌ ۝

১৫৭। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোই ওইগনু লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগুম, অমসুং মখোইনা হায় মখোইগী মচিন মনাওশিংগী মরমদা, মখোইনা লংফৈ চৎপদা মালেমথক্তা নত্রগা লান চৎপদাঃ "মখোই লোয়নরমলবদি ঐখোইগা মখোই শিরমলোই নত্রগা হাৎলমলোই;" মদু অল্লাহনা ওইহল্লি নুংঙাইতবগী ঈথক ঈহুল অমা মখোইগী মথম্মোইশিংদা। অদুগা অল্লাহনা হিংহল্লি অমসুং শিহল্লি। অদুগা অল্লাহনা ইউ-উই নখোইনা তৌবদু।

وَلَئِنْ قُتِلْتُمْ فِىْ سَبِيْلِ اللّٰهِ اَوْ مُتُّمْ لَمَغْفِرَةٌ مِّنَ اللّٰهِ وَرَحْمَةٌ خَيْرٌ مِّمَّا يَجْمَعُوْنَ ۝

১৫৮। অদুগা করিগুম্বা নখোইবু হাৎখ্রবসু অল্লাহগী লম্বীদা নত্রগা নখোইনা শিরবসু, তশেংবমক অল্লাহনা কোকপিবা অমসুং ঙাকপিবনা ফবা হেল্লি মখোইনা পৈশনবদগী।

وَلَئِنْ مُّتُّمْ اَوْ قُتِلْتُمْ لَاِلَى اللّٰهِ تُحْشَرُوْنَ ۝

১৫৯। অদুগা নখোই শিরবসু নত্রগা হাৎখ্রবসু, অল্লাহদা নখোইবু পুল্লপ্লা খোমজনবিগনি।

فَبِمَا رَحْمَةٍ مِّنَ اللّٰهِ لِنْتَ لَهُمْ ۚ وَلَوْ كُنْتَ فَظًّا غَلِيْظَ الْقَلْبِ لَانْفَضُّوْا مِنْ حَوْلِكَ ۖ فَاعْفُ عَنْهُمْ وَاسْتَغْفِرْ لَهُمْ وَشَاوِرْهُمْ فِى الْاَمْرِ ۚ فَاِذَا عَزَمْتَ فَتَوَكَّلْ عَلَى اللّٰهِ ۗ اِنَّ اللّٰهَ يُحِبُّ الْمُتَوَكِّلِيْنَ ۝

১৬০। অদুগা অল্লাহগী থৌজালনা নংনা নপুকচেন থোৎলি মখোইদা, তৌইগুম্বসুং নংনা নখোল য়াকলমলবদি অমসুং নপুকচেন তমথীরমলবদি, মখোই শোয়দনমক চাইথোকখিরমগনি নংগী অকোয়বদগী। মরম অদুনা ঙাকপিয়ু মখোইবু অমসুং হায়জবিয়ু মখোইগী মপাপ কোকপিনবগী, অদুগা ব্রা তাম্নৌ মখোইগা (লৈঙাকপগী) থবকশিংদা। তৌইগুম্বসুং নংনা করিগুম্বা অমা চপযুংনা নীংখ্রবদি, আশা তৌ অল্লাহদা। তশেংবমক অল্লাহনা নুংশিবি মঙোন্দা আশা তৌজবশিংবু।

১৬১। অল্লাহনা তেংবাংবিরবদি নখোইবু, কনা অমতনা ঙমলোই লাকচবা নখোইবু ; তৌইগুম্বসুং মহাকনা থাদোকপিরবদি নখোইবু, মতমদুদা কনানা তেংবাংবিগনি নখোইবু মহাক নত্তনা? অদুনা অল্লাহতদা আশা তৌগদবনি অচুম্বা থাজবশিংনা।

إِن يَنصُرْكُمُ اللَّهُ فَلَا غَالِبَ لَكُمْ ۖ وَإِن يَخْذُلْكُمْ فَمَن ذَا الَّذِي يَنصُرُكُم مِّن بَعْدِهِ ۗ وَعَلَى اللَّهِ فَلْيَتَوَكَّلِ الْمُؤْمِنُونَ ﴿١٦٠﴾

১৬২। অদুগা নবীনা কদৌনুংদসু তৌরোই ঋদি শেংদবা, অমসুং কনাগুম্বনা তৌরবদি মপুকচেন শেংদবা, মহাক হাজির তৌগনি (অল্লাহগী মমাংদা) লোয়ননা মহাক্কী পুকচেন শেংদবদুগা কিয়ামত নুমিত্তা। মতমদুদা থরাই খুদিংমক পীবিগনি পুরা-পুরা মানা-মানা তৌখিবা কমায়গী মতুংইন্না অমসুং মখোইবু লান্না খক তৌবিরোই।

وَمَا كَانَ لِنَبِيٍّ أَن يَغُلَّ ۚ وَمَن يَغْلُلْ يَأْتِ بِمَا غَلَّ يَوْمَ الْقِيَامَةِ ۚ ثُمَّ تُوَفَّىٰ كُلُّ نَفْسٍ مَّا كَسَبَتْ وَهُمْ لَا يُظْلَمُونَ ﴿١٦١﴾

১৬৩। করি! অল্লাহনা য়াবিবা ফংজনবা তৌরিবা মী অদুগা মান্নবা য়াব্রা অল্লাহগী অশাউবা থোকহল্লিবা অদুগা অমসুং মহাক্কী লৈফমদি যম লৈবাকনি ? অদুগা মদু ফত্তবা লমথুংফমনি।

أَفَمَنِ اتَّبَعَ رِضْوَانَ اللَّهِ كَمَن بَاءَ بِسَخَطٍ مِّنَ اللَّهِ وَمَأْوَاهُ جَهَنَّمُ ۚ وَبِئْسَ الْمَصِيرُ ﴿١٦٢﴾

১৬৪। মখোইগী লৈ থাক (য়াবিবা অমসুং য়াবিদবগী) অল্লাহগী মনাক্তা। অদুগা অল্লাহনা ইউ-উই মখোইনা তৌবদু।

هُمْ دَرَجَاتٌ عِندَ اللَّهِ ۗ وَاللَّهُ بَصِيرٌ بِمَا يَعْمَلُونَ ﴿١٦٣﴾

১৬৫। তশেংবমক অল্লাহনা পীবিখ্রে থৌজাল অমা অচুম্বা থাজবশিংদা থোকহনবিদুনা মখোইগী মরক্তা রসুল অমা মখোইগী মরক্তগী, মহাকনা থীথদুনা তাহল্লি মখোইদা অল্লাহগী পাওজেনশিং অমসুং শেংদোকপি মখোইবু অমসুং তম্বি মখোইবু কিতাব অমসুং মহৈ-মশিং ; অমসুং অসিগী মমাংদা মখোই ওইরম্মী তশেং-তশেংবা লম্মুক্কবা।

لَقَدْ مَنَّ اللَّهُ عَلَى الْمُؤْمِنِينَ إِذْ بَعَثَ فِيهِمْ رَسُولًا مِّنْ أَنفُسِهِمْ يَتْلُو عَلَيْهِمْ آيَاتِهِ وَيُزَكِّيهِمْ وَيُعَلِّمُهُمُ الْكِتَابَ وَالْحِكْمَةَ وَإِن كَانُوا مِن قَبْلُ لَفِي ضَلَالٍ مُّبِينٍ ﴿١٦٤﴾

১৬৬। করি! লায়বকথীবা অমা থোকখিবদা নখোইদা নখোইনা থোকহনবিখ্রে শরুক অনি মদুগী—অদুগা নখোইনা হায় ঃ "(আঃ অরাবসিবু) করি মরমদগী লাকলিবা ?" হায়য়ু (মখোইদা)

أَوَلَمَّا أَصَابَتْكُم مُّصِيبَةٌ قَدْ أَصَبْتُم مِّثْلَيْهَا قُلْتُمْ أَنَّىٰ هَٰذَا ۖ قُلْ هُوَ مِنْ عِندِ أَنفُسِكُمْ ۗ إِنَّ

اللّٰهَ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيْرٌ ١٦٥

"মসি নখোই নশাগী (তৌজমল) নি।" থাঙ্গেশেংবমক অল্লাহদি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

وَمَآ اَصَابَكُمْ يَوْمَ الْتَقَى الْجَمْعٰنِ فَبِاِذْنِ اللّٰهِ وَلِيَعْلَمَ الْمُؤْمِنِيْنَ ١٦٦

১৬৭। অদুগা নখোইদা থোকখিবদু তেঙ্গোল অনি থেংনখিবা নুমিত্তা অল্লাহগী হুকুমননি অমসুং (মদু অসুম্না থোকখি) অদুনা মহাকনা তোঙান্না খন্দোকনবনি অচুম্বা থাজবশিং :

وَلِيَعْلَمَ الَّذِيْنَ نَافَقُوْا ۚۖ وَقِيْلَ لَهُمْ تَعَالَوْا قَاتِلُوْا فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ اَوِ ادْفَعُوْا ۗ قَالُوْا لَوْ نَعْلَمُ قِتَالًا لَّاتَّبَعْنٰكُمْ ۗ هُمْ لِلْكُفْرِ يَوْمَئِذٍ اَقْرَبُ مِنْهُمْ لِلْاِيْمَانِ ۚ يَقُوْلُوْنَ بِاَفْوَاهِهِمْ مَّا لَيْسَ فِيْ قُلُوْبِهِمْ ۗ وَاللّٰهُ اَعْلَمُ بِمَا يَكْتُمُوْنَ ١٦٧

১৬৮। অমসুং মহাকনা তোখায় খায়দোক্লবনি ঈমান চেংজংবশিংবু। অদুগা মখোইদা হায়বিখি ঃ "লাকও নখোই, লান থেংনরো অল্লাহগী লম্বীদা অমসুং থিংজু (য়েক্লবনা লান্দারকপবু)," মখোইনা পাওখুমখি ঃ "ঐখোইনা করিগুম্বা খঙলমলবদি লান করম শোক্লবা, ঐখোই শোয়দনমক নতুং ইল্লমগনি নখোইগী।" মখোই নুমিৎ অদুদা ঈমানগী মতাংদা নকশিল্লস্মী লমফে-খোঙফম্নবদা ; মখোইনা মচীন্দা ঙাঙ-শকই মথম্মোইনুংশিংদা লৈতবদু, অমসুং অল্লাহনা মুন্না খঙই মখোইনা (চেৎনা) লোৎশনবদু।

اَلَّذِيْنَ قَالُوْا لِاِخْوَانِهِمْ وَقَعَدُوْا لَوْ اَطَاعُوْنَا مَا قُتِلُوْا ۗ قُلْ فَادْرَءُوْا عَنْ اَنْفُسِكُمُ الْمَوْتَ اِنْ كُنْتُمْ صٰدِقِيْنَ ١٦٨

১৬৯। অসিগুম্বা মীওইশিং লৈ মখোইনা হায়খি (লান্দা চৎখিবা) মখোইগী মচিন মনাওশিংগী মরমদা মখোই (মশামকদি) তুংদা লৈথহৌরগা, "মখোইনা ইল্লমলবদি ঐখোইনা হায়বদা, মখোইবু হাৎলমলোই।" হায়যু (মখোইদা) ঃ "থিংজু অশিববু নখোই নশামক্তদগী, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।

وَلَا تَحْسَبَنَّ الَّذِيْنَ قُتِلُوْا فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ اَمْوَاتًا ۗ بَلْ اَحْيَاۤءٌ عِنْدَ رَبِّهِمْ يُرْزَقُوْنَ ١٦٩

১৭০। অদুগা নীংগনু হাৎখিবশিংদো অল্লাহগী লম্বীদা শিখ্রে হায়না। নত্তে, মখোই হিংলি মখোইগী মপুগী মনাক্তা, চিঞ্জাক পীবিদুনা মঙোন্দগী,

فَرِحِيْنَ بِمَآ اٰتٰىهُمُ اللّٰهُ مِنْ فَضْلِهٖ ۙ وَيَسْتَبْشِرُوْنَ بِالَّذِيْنَ لَمْ يَلْحَقُوْا بِهِمْ مِّنْ خَلْفِهِمْ ۙ اَلَّا خَوْفٌ عَلَيْهِمْ وَلَا هُمْ يَحْزَنُوْنَ ١٧٠

১৭১। হরাওজে অল্লাহনা পীবিবা অদুনা মখোইদা মহাক্কী থৌজালনা অমসুং নুংঙাইজে (খনবদা) তুংদা লৈহৌরিবা মখোইগা হৌজিক ফাওবা, ফংনদরিবা মখোইদুগী, মরমদি মখোই করিসু কিনঙাই লৈতে নত্রগা মখোই ৱানঙাইসু থোক্তে।

يَسْتَبْشِرُونَ بِنِعْمَةٍ مِّنَ اللَّهِ وَفَضْلٍ وَأَنَّ اللَّهَ لَا يُضِيعُ أَجْرَ الْمُؤْمِنِينَ ﴿١٧١﴾

১৭২। মখোই নুংঙাইজে অল্লাহনা চানবিবা অমসুং (মহাক্কী) থৌজালদা, অমসুং অল্লাহনা মাঙহনবিদে তৌজ মতিকমল অচুম্বা থাজবশিংগী।

১৮ শুবা রুকূ

ٱلَّذِينَ ٱسْتَجَابُوا۟ لِلَّهِ وَٱلرَّسُولِ مِنۢ بَعْدِ مَآ أَصَابَهُمُ ٱلْقَرْحُ ۚ لِلَّذِينَ أَحْسَنُوا۟ مِنْهُمْ وَٱتَّقَوْا۟ أَجْرٌ عَظِيمٌ ﴿١٧٢﴾

১৭৩। অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা পাওখুমথিবা অল্লাহ অমসুং রসুলনা কৌখিবদা মখোইদা লায়বকথীবা থোকত্রবদা—মখোইগী মরক্তা অফবা লম্বীনবা অমসুং ধর্ম্ম কায়দবশিংদো ফংনিঙঙাইনি অচৌবা মনা-মথিন।

ٱلَّذِينَ قَالَ لَهُمُ ٱلنَّاسُ إِنَّ ٱلنَّاسَ قَدْ جَمَعُوا۟ لَكُمْ فَٱخْشَوْهُمْ فَزَادَهُمْ إِيمَـٰنًا وَقَالُوا۟ حَسْبُنَا ٱللَّهُ وَنِعْمَ ٱلْوَكِيلُ ﴿١٧٣﴾

১৭৪। মখোইদা কনাগুম্বা মীশিংনা হায়খিঃ "তশেংবমক মী অরৈবমখে পুনশনখ্রে নখোইগী মায়োক্তা, মরম অদুনা কিয়ু মখোইবু," তৌইগুম্বসুং (ধমকাগী পাও) অসিনা থোইনদুনা হেনগৎহনখি মখোইগী ঈমান, অমসুং মখোইনা হায়খিঃ "ঐখোইগীদি অল্লাহনা ওকলে অমসুং মহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না ফবা ঙাকপি-শেনবিহৈবনি।"

فَٱنقَلَبُوا۟ بِنِعْمَةٍ مِّنَ ٱللَّهِ وَفَضْلٍ لَّمْ يَمْسَسْهُمْ سُوٓءٌ وَٱتَّبَعُوا۟ رِضْوَٰنَ ٱللَّهِ ۗ وَٱللَّهُ ذُو فَضْلٍ عَظِيمٍ ﴿١٧٤﴾

১৭৫। মরম অদুনা মখোই হল্লকখিরম্মী লোয়ননা অল্লাহগী চানবিবা অমসুং থৌজালগা, ফত্তবা করিসু থোকপা ঙমখিদে মখোইদা; অমসুং মখোইনা তৌখি অল্লাহনা পেনবিনবতা; অমসুং অল্লাহদি মপুনি অচৌবা থৌজালগী।

إِنَّمَا ذَٰلِكُمُ ٱلشَّيْطَـٰنُ يُخَوِّفُ أَوْلِيَآءَهُۥ فَلَا تَخَافُوهُمْ وَخَافُونِ إِن كُنتُم مُّؤْمِنِينَ ﴿١٧٥﴾

১৭৬। তশেংবমক ফত্তরম লম্বীনবা (শৈতান) মহাকনা কিহল্লি মহাক্কী তিন্নবা মরূপ মপিজাশিংবুতা; মরম অদুনা কিগনু মখোইবু তৌইগুম্বসুং কিয়ু ঐহাকপু, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা থাজবা।

وَلَا يَحْزُنكَ ٱلَّذِينَ يُسَـٰرِعُونَ فِى ٱلْكُفْرِ ۚ إِنَّهُمْ لَن يَضُرُّوا۟ ٱللَّهَ شَيْـًٔا ۗ يُرِيدُ ٱللَّهُ أَلَّا يَجْعَلَ لَهُمْ حَظًّا فِى ٱلْـَٔاخِرَةِ ۖ وَلَهُمْ عَذَابٌ عَظِيمٌ ﴿١٧٦﴾

১৭৭। অদুগা অচুম্বা থাজদবদা থরো-থরো ওনশিনবশিংগী মতৌনা অৱাবা চাহন্দসনু নংবু। তশেংবমক মখোইনা শুপঙম-ঙমলোই মাঙতাকহনবা অল্লাহবু। অল্লাহনা পীবিনীংদে মখোইবু (নুংঙাইবা) শরুক অমতা আখেরতদা, অমসুং মখোই ফংগনি শাথীবা দণ্ড।

১৭৮। তশেংবমক ঈমানগী মহুত্তা থাজদবা লেপশিনবা মীশিংদু করিসু ঙমলোই মাঙ-তাকহনবা অল্লাহবু; অমসুং মখোই ফংগনি অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাক।

إِنَّ الَّذِينَ اشْتَرَوُا الْكُفْرَ بِالْإِيمَانِ لَنْ يَضُرُّوا اللَّهَ شَيْئًا ۖ وَلَهُمْ عَذَابٌ أَلِيمٌ ﴿١٧٨﴾

১৭৯। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা খন্দবা ওইসনু ঐখোইনা মতম খরা য়ৈথোকপিবা অসিদা মখোইগী অফবনি হায়না। তশেংবমক ঐখোইনা মতম য়ৈথোকপিবসি মখোইগী মপাপ হেনগৎনি-ঙঙাইনি অমসুং মখোই ফংগনি অচোম্পা ৱায়েল-চৈরাক।

وَلَا يَحْسَبَنَّ الَّذِينَ كَفَرُوا أَنَّمَا نُمْلِي لَهُمْ خَيْرٌ لِأَنْفُسِهِمْ ۚ إِنَّمَا نُمْلِي لَهُمْ لِيَزْدَادُوا إِثْمًا ۚ وَلَهُمْ عَذَابٌ مُهِينٌ ﴿١٧٩﴾

১৮০। অল্লাহনা থাদোকপিরোই অচুম্বা থাজব-শিংবু নখোইনা লৈরিবা ফিবম অদুগুম্না মহাকনা খায়দোকপিদরিবা ফাওবা ফত্তববু অফবদগী। নত্রগা অল্লাহনা ফোংদোকপিরোই নখোইদা অরোননবা রা। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা খল্লি মহাক্কী রসুলশিং মহাকনা অপাম্বা (মতিক চাব) তবু। মরম অদুনা (নখোই) থাজৌ অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুলশিংবু। অদুগা নখোইনা অচুম্বা থাজরবদি অমসুং ভক্তি লৈরবদি, নখোই ফংগনি অচৌবা মনা-মথিন।

مَا كَانَ اللَّهُ لِيَذَرَ الْمُؤْمِنِينَ عَلَىٰ مَا أَنْتُمْ عَلَيْهِ حَتَّىٰ يَمِيزَ الْخَبِيثَ مِنَ الطَّيِّبِ ۗ وَمَا كَانَ اللَّهُ لِيُطْلِعَكُمْ عَلَى الْغَيْبِ وَلَٰكِنَّ اللَّهَ يَجْتَبِي مِنْ رُسُلِهِ مَنْ يَشَاءُ ۖ فَآمِنُوا بِاللَّهِ وَرُسُلِهِ ۚ وَإِنْ تُؤْمِنُوا وَتَتَّقُوا فَلَكُمْ أَجْرٌ عَظِيمٌ ﴿١٨٠﴾

১৮১। অদুগা অল্লাহনা মহাক্কী থৌজালনা (সম্পত্তি) পীবিখিবা মীওইশিং অরিকপা কুপশু ওইদুনা খনগনু (লীকশিনবা) অসি মখোইগী অফবনি। নত্তে, মদু ফত্তবনি মখোইগী হক্তা। মখোইনা (মপুন্সিদা) লীকশিল্লম্বা অদু মালা পরেং ওইনা খাংবিগনি মঙকশনদা কিয়ামত নুমিত্তা. অদুগা অল্লাহগীনি আসমান অমসুং পৃথিবীগী মিরাস, অমসুং অল্লাহনি খবররালানি নখোইনা তৌরিবা-পুম্বা।

وَلَا يَحْسَبَنَّ الَّذِينَ يَبْخَلُونَ بِمَا آتَاهُمُ اللَّهُ مِنْ فَضْلِهِ هُوَ خَيْرًا لَهُمْ ۖ بَلْ هُوَ شَرٌّ لَهُمْ ۖ سَيُطَوَّقُونَ مَا بَخِلُوا بِهِ يَوْمَ الْقِيَامَةِ ۗ وَلِلَّهِ مِيرَاثُ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ ۗ وَاللَّهُ بِمَا تَعْمَلُونَ خَبِيرٌ ﴿١٨١﴾ ع ١٨

১৯ শুবা রুকূ

১৮২। তশেংবমক, অল্লাহনা তারে মখোইনা হায়নবাঃ "অল্লাহনি লায়রে তৌইগুম্বসু ঐখোইদি ইনাকখুল্লি।" ঐখোইনা ইশিন্দুনা থমগনি

لَقَدْ سَمِعَ اللَّهُ قَوْلَ الَّذِينَ قَالُوا إِنَّ اللَّهَ فَقِيرٌ وَ

نَحْنُ اَغْنِيَاۤءُ ۘ سَنَكْتُبُ مَا قَالُوْا وَقَتْلَهُمُ الْاَنْۢبِيَاۤءَ بِغَيْرِ حَقٍّ ۙ وَّنَقُوْلُ ذُوْقُوْا عَذَابَ الْحَرِيْقِ ۝ ذٰلِكَ بِمَا قَدَّمَتْ اَيْدِيْكُمْ وَاَنَّ اللّٰهَ لَيْسَ بِظَلَّامٍ لِّلْعَبِيْدِ ۝

মখোইনা হায়খিবদু অমসুং মখোইনা হাৎখিবদু নবীশিংবু ইচুম-চুমদনা, অমসুং ঐখোইনা হায়-বিগনি ঃ "তংঙু মহাউ খাম্বি মৈ অচাকপগী দণ্ড।"

১৮৩। মসিগী মরমদি নখোইগী মখুৎশিংনা নমাংদা থাখিবা অদুগীনি, অমসুং অল্লাহনা তৌবিদে চুমদবা খজিক্তং ফাওবা (মহাক্কী) মনাইশিংদা।

اَلَّذِيْنَ قَالُوْٓا اِنَّ اللّٰهَ عَهِدَ اِلَيْنَآ اَلَّا نُؤْمِنَ لِرَسُوْلٍ حَتّٰى يَاْتِيَنَا بِقُرْبَانٍ تَاْكُلُهُ النَّارُ ۗ قُلْ قَدْ جَاۤءَكُمْ رُسُلٌ مِّنْ قَبْلِيْ بِالْبَيِّنٰتِ وَبِالَّذِيْ قُلْتُمْ فَلِمَ قَتَلْتُمُوْهُمْ اِنْ كُنْتُمْ صٰدِقِيْنَ ۝

১৮৪। মখোইনা হায়ঃ "তশেংবমক অল্লাহনা য়াথংনবিখ্রে ঐখোইবু মদুদি ঐখোইনা থাজরোই-দবনি কনাগুম্বা রসুল অমতদা মহাকনা পুরক্তরিবা ফাওবা ঐখোইদা কুরবানী অমা মদু (স্বর্গগী) মৈনা চাকথেনহনগদবনি।" হায়য়ু ঃ "থাঙ্গেশেংবমক রসুলশিং লাকপিরমখ্রে নখোইদা ঐগী মমাংদা তশেংবা খুদমশিংগা লোয়ননা অমসুং (পুরকখি) নখোইনা হায়রিবদু। অদু ওইরবদি, করি মরমগী নখোইনা হাৎখিবগে মখোইবু, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা ?"

فَاِنْ كَذَّبُوْكَ فَقَدْ كُذِّبَ رُسُلٌ مِّنْ قَبْلِكَ جَاۤءُوْ بِالْبَيِّنٰتِ وَالزُّبُرِ وَالْكِتٰبِ الْمُنِيْرِ ۝

১৮৫। তৌইগুম্বসুং মখোইনা মরাল শীরবদি নংবু মীনম্বনি হায়না, অসুম্না মরাল শীবিখি মীনম্বনি হায়জিন্দুনা নংগী মমাংদা লাকখিবা রসুলশিংবু— মখোই লাকখি লোয়ননা তশেংবা খুদমশিং অমসুং ধর্ম্ম গ্রন্থশিং অমসুং (হিংনবগী) মঙাল পীবা কিতাবগা।

كُلُّ نَفْسٍ ذَاۤىِٕقَةُ الْمَوْتِ ۗ وَاِنَّمَا تُوَفَّوْنَ اُجُوْرَكُمْ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ ۗ فَمَنْ زُحْزِحَ عَنِ النَّارِ وَاُدْخِلَ الْجَنَّةَ فَقَدْ فَازَ ۗ وَمَا الْحَيٰوةُ الدُّنْيَآ اِلَّا مَتَاعُ الْغُرُوْرِ ۝

১৮৬। থৱাই খুদিংমক তংগনি মহাউ অশিবগী। অদুগা নখোইদা পীবিগনি নখোইগী তৌজ মতিকমল পুরা-পুরা কিয়ামত নুমিত্তা। মরম অদুনা কনাগুম্ববু খাম্বি মৈদগী (লাপ্না) লৌথোকপিবা অমসুং স্বর্গ লৈকোন্দা চঙহনবিবা, মহাকদু তশেংনমক ফংলবনি মহাক্কী পান্দমফম। অদুগা তাইবঙ পুন্সিসে করিসু নত্তে মায়াগী নুংঙাইবা নত্তনা।

لَتُبْلَوُنَّ فِيْٓ اَمْوَالِكُمْ وَاَنْفُسِكُمْ ۗ وَلَتَسْمَعُنَّ مِنَ الَّذِيْنَ

১৮৭। নখোইবু শোয়দনমক চাং য়েংবিগদৌরি নখোইগী সম্পত্তি অমসুং নখোইগী নথৱাইশিংদা।

অদুগা নখোইনা শোয়দনমক তারগনি নখোইগী নমাংদা (হান্না) কিতাব পীখ্রবা মীশিংদগী অমসুং অল্লাহদা মমান্নবা থৈজনবশিংদগী (থম্মোহ্) শোকহনবা রা কয়া। তৌইগুম্বসুং নখোইনা অখাংকল্লবদি অমসুং ধর্ম্ম কায়দ্রবদি, মদু থাঙ্গেমকশেংনা পূকনিং লেপ্পগী থবকনি।

أُوتُوا الْكِتَابَ مِن قَبْلِكُمْ وَمِنَ الَّذِينَ أَشْرَكُوا أَذًى كَثِيرًا ۚ وَإِن تَصْبِرُوا وَتَتَّقُوا فَإِنَّ ذَٰلِكَ مِنْ عَزْمِ الْأُمُورِ ﴿١٨٦﴾

১৮৮। অদুগা (নীংশিঙগু) অল্লাহনা লৌবিখি করার অমা (হান্না) কিতাব পীখিবা মীশিংদগী (অসুম হায়না): "নখোইনা কিতাবসি খঙহনগদবনি মীশিংদা ফোংদোক্কনা অমসুং লোৎশিল্লোইদবনি মসি।" তৌইগুম্বসুং মখোইনা হুন্দোকখি মদুবু মতুংরোমদা (ইখঙ-খঙদবা শাদুনা) অমসুং লল্লোনখি মদুবু মমল খজিক্তং লৌদুনা। মরম অদুনা ফত্তবনি মখোইনা মমল পীদুনা লৈবদু।

وَإِذْ أَخَذَ اللَّهُ مِيثَاقَ الَّذِينَ أُوتُوا الْكِتَابَ لَتُبَيِّنُنَّهُ لِلنَّاسِ وَلَا تَكْتُمُونَهُ فَنَبَذُوهُ وَرَاءَ ظُهُورِهِمْ وَاشْتَرَوْا بِهِ ثَمَنًا قَلِيلًا ۖ فَبِئْسَ مَا يَشْتَرُونَ ﴿١٨٧﴾

১৮৯। খনগনু অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা থোইনমক হরাওজবা মখোইনা তৌরুবা (থবক) কী মরমদা অমসুং থাগৎপা পামজবশিংদু মখোইনা তৌদবা (থবক) কী মরমদা—খনগনু মখোইবু চৈরাক থাররোই হায়না; অমসুং মখোই ফংগনি অৱাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

لَا تَحْسَبَنَّ الَّذِينَ يَفْرَحُونَ بِمَا أَتَوا وَّيُحِبُّونَ أَن يُحْمَدُوا بِمَا لَمْ يَفْعَلُوا فَلَا تَحْسَبَنَّهُم بِمَفَازَةٍ مِّنَ الْعَذَابِ ۖ وَلَهُمْ عَذَابٌ أَلِيمٌ ﴿١٨٨﴾

১৯০। অদুগা অল্লাহগীনি আসমান অমসুং পৃথিবীগী নিংথৌ লৈবাকসি; অমসুং অল্লাহদি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

وَلِلَّهِ مُلْكُ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ ۗ وَاللَّهُ عَلَىٰ كُلِّ شَيْءٍ قَدِيرٌ ﴿١٨٩﴾

২০ শুবা রুকূ

১৯১। তশেংবমক আসমান অমসুং পৃথিবীগী খুৎশেমদা, অমসুং অহিং অমসুং নুংথিলগী য়াওন্দা খুদম পান্দম ইলৈ-লৈ জ্ঞান তাবা মীশিংগীদমক্তা;

إِنَّ فِي خَلْقِ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ وَاخْتِلَافِ اللَّيْلِ وَالنَّهَارِ لَآيَاتٍ لِّأُولِي الْأَلْبَابِ ﴿١٩٠﴾

১৯২। অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইদুনা নীংশিংজে অল্লাহবু লেপ্তুনা অমসুং ফমদুনা অমসুং (চেপথদুনা) মখোইগী নাকলশিংদা, অমসুং ধ্যান তৌই আসমান অমসুং পৃথিবীগী (অঙকপা)

الَّذِينَ يَذْكُرُونَ اللَّهَ قِيَامًا وَقُعُودًا وَعَلَىٰ جُنُوبِهِمْ وَيَتَفَكَّرُونَ فِي خَلْقِ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ رَبَّنَا مَا

خَلَقْتَ هٰذَا بَاطِلًا ۚ سُبْحٰنَكَ فَقِنَا عَذَابَ النَّارِ ﴿١٩١﴾

খুৎশেমদা (অমসুং হায়ঃ) "ঐখোইগী মপুও! নহাকনা শেমখিবা নত্তে মসি অরেম্বদা! অশেংবনি নহাক্তি! ঙাকপিয়ু ঐখোইবু খাম্বি মৈগী অৱাফমদগী।

رَبَّنَآ اِنَّكَ مَنْ تُدْخِلِ النَّارَ فَقَدْ اَخْزَيْتَهٗ ؕ وَمَا لِلظّٰلِمِيْنَ مِنْ اَنْصَارٍ ﴿١٩٢﴾

১৯৩। "ঐখোইগী মপুও! নহাকনা কনাগুম্বা অমবু চঙহনবিবদু খাম্বি মৈনুংদা, মহাকপু নহাকনা তশেংবমক শরুক্কহনবি অচোম্পা অদুগা অৱানবা লম্বীনবশিংগী লৈরোই কনামতা তেংবাংবিনবা।

رَبَّنَآ اِنَّنَا سَمِعْنَا مُنَادِيًا يُّنَادِيْ لِلْاِيْمَانِ اَنْ اٰمِنُوْا بِرَبِّكُمْ فَاٰمَنَّا ۖ رَبَّنَا فَاغْفِرْ لَنَا ذُنُوْبَنَا وَكَفِّرْ عَنَّا سَيِّاٰتِنَا وَتَوَفَّنَا مَعَ الْاَبْرَارِ ﴿١٩٣﴾

১৯৪। "ঐখোইগী মপুও! তশেংবমক ঐখোইনা তাজরে পাওজেনবা মীনা কৌরকপা ঐখোইবু ধর্ম্মগী মায়কৈদা (অসি হায়না)ঃ "নখোই থাজৌ— নখোইগী মপুদা," মরম অদুনা ঐখোই থাজখ্রে। ঐখোইগী মপুও! কোকপিয়ু ঐখোইবু ঐখোইগী পাপশিংদগী অমসুং লৌথোকপিয়ু ঐখোইদগী ঐখোইগী ফত্তবশিং অমসুং শিরগা মশিং চনহনবিয়ু ঐখোইবু ধর্ম্ম লৈবশিংগী সঙ্গদা।

رَبَّنَا وَاٰتِنَا مَا وَعَدْتَّنَا عَلٰى رُسُلِكَ وَلَا تُخْزِنَا يَوْمَ الْقِيٰمَةِ ؕ اِنَّكَ لَا تُخْلِفُ الْمِيْعَادَ ﴿١٩٤﴾

১৯৫। "ঐখোইগী মপুও! পীবিয়ু ঐখোইদা নহাক্কী রসুলশিংগী চীন্থাংদা নহাকনা ৱাশকপিখিবদ্ ঐখোইদা অমসুং ঈকাই ফিরুক [illegible] ঐখোইবু কিয়ামত নুমিত্তা। তশেংবমক নহাক্তি কদৌনুংদসু থুগায়বিদে নহাক্কী ৱাশক।"

فَاسْتَجَابَ لَهُمْ رَبُّهُمْ اَنِّيْ لَآ اُضِيْعُ عَمَلَ عَامِلٍ مِّنْكُمْ مِّنْ ذَكَرٍ اَوْ اُنْثٰى ۚ بَعْضُكُمْ مِّنْۢ بَعْضٍ ۚ فَالَّذِيْنَ هَاجَرُوْا وَاُخْرِجُوْا مِنْ دِيَارِهِمْ وَاُوْذُوْا فِيْ سَبِيْلِيْ وَقٰتَلُوْا وَقُتِلُوْا لَاُكَفِّرَنَّ عَنْهُمْ سَيِّاٰتِهِمْ وَلَاُدْخِلَنَّهُمْ جَنّٰتٍ تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ ۚ ثَوَابًا مِّنْ عِنْدِ

১৯৬। মরম অদুনা মখোইগী মপুনা পাওখুম্বিখি মখোইগী হঙ্গৎচবদু (অসুম হায়নাঃ) ঐনা মাঙহনবিরোই থবক তৌবা কনামতগী থবক নখোইগী মরক্তগী, নিপা নত্তগা নুপী ওইরবসু নখোই মশেল অমতনি। মরম অদুনা ময়ুম হোংখিবশিং অমসুং তাথোকখিবশিং ময়ুমশিংদগী অমসুং ওৎ-নৈবিখিবশিং ইহাকথংদগী অমসুং লান থেংনখিবশিং অমসুং হাৎপিখিশিং— ঐনা শোয়দনমক মুৎথৎপিগনি মখোইগী ফত্তবশিং অমসুং মখোইবু চঙহনবিগনি স্বর্গ লৈকোনশিংদা মখা অদুদা

اللّٰهِ ۗ وَاللّٰهُ عِنْدَهٗ حُسْنُ الثَّوَابِ ﴿١٩٥﴾

তুরেলশিং ঈচেল্লি, মসি মনা-মথিন্নি অল্লাহদগী, অমসুং অল্লাহগী মনাক্তালে খ্বাইদগী হেন্না ফবা মনা-মথিনশিং।

لَا يَغُرَّنَّكَ تَقَلُّبُ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا فِي الْبِلَادِ ﴿١٩٦﴾

১৯৭। নংবু নমথাক তৌদবা ওইসনু লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী (চাওখৎপা কারবার তৌবগী) কোয়চৎ-চৎপনা শহরশিংদা।

مَتَاعٌ قَلِيْلٌ ۖ ثُمَّ مَأْوٰىهُمْ جَهَنَّمُ ۗ وَبِئْسَ الْمِهَادُ ﴿١٩٧﴾

১৯৮। (মসি) ঙাইহক্তংগী নুংঙাইবনি, মসিগী মতুংদা মখোইগী লৈফমদি যম লৈবাকনি; অমসুং মদু ফত্তবা য়াতুংফমনি।

لٰكِنِ الَّذِيْنَ اتَّقَوْا رَبَّهُمْ لَهُمْ جَنّٰتٌ تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ خٰلِدِيْنَ فِيْهَا نُزُلًا مِّنْ عِنْدِ اللّٰهِ ۗ وَمَا عِنْدَ اللّٰهِ خَيْرٌ لِّلْاَبْرَارِ ﴿١٩٨﴾

১৯৯। তৌইংগুম্বসুং মখোইগী মপুবু কিনা তৌজ-রম্বশিংদা মখোইগীদমক্তি স্বর্গ লৈকোনশিংনি মখা অদুদা তুরেলশিং ঈচেল্লি, মদুগী মনুংদা লৈরগনি মখোই (লোম্বা লৈতনা)-মসি তরাম-তরাম ওকপনি অল্লাহগী মায়কৈদগী। অদুগা অল্লাহগী মনাক্তা লৈবা অদুনা হেন্না ফবনি ধর্ম্ম লৈবশিংগীদি।

وَاِنَّ مِنْ اَهْلِ الْكِتٰبِ لَمَنْ يُّؤْمِنُ بِاللّٰهِ وَمَاۤ اُنْزِلَ اِلَيْكُمْ وَمَاۤ اُنْزِلَ اِلَيْهِمْ خٰشِعِيْنَ لِلّٰهِ ۙ لَا يَشْتَرُوْنَ بِاٰيٰتِ اللّٰهِ ثَمَنًا قَلِيْلًا ۗ اُولٰٓئِكَ لَهُمْ اَجْرُهُمْ عِنْدَ رَبِّهِمْ ۗ اِنَّ اللّٰهَ سَرِيْعُ الْحِسَابِ ﴿١٩٩﴾

২০০। অদুগা তশেংবমক কিতাব ফংখ্রবা মীশিংগী মরক্তা মীওই খরা লৈ — মখোইনা থাজৈ অল্লাহবু অমসুং নংঙোন্দা থাখিবা (কিতাব) অদুবু অমসুং মখোইদা থাখিবা (কিতাব) অদুদসু, নোল্লুকচৈ অল্লাহদা (অমসুং) মখোইনা লল্লোন্দে অল্লাহগী পাওজেনশিংবু মমল খজিক্তং (ফাওবা) লৌদুনা। মখোইসি ফংজগনি মনা-মথিন মখোইগী মপুগী মনাক্তা। তশেংবমক, অল্লাহদি থুবনি হিসাব লৌবদা।

يٰۤاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوا اصْبِرُوْا وَصَابِرُوْا وَرَابِطُوْا ۗ وَاتَّقُوا اللّٰهَ لَعَلَّكُمْ تُفْلِحُوْنَ ﴿٢٠٠﴾

২০১। হে (অচুম্বা) থাজবশিং! খাংবা কল্লু অমসুং হোৎনৌ মকোক থোংনবা অখাংকনবদা অমসুং চেকশিন্না লৈয়ু। অদুগা ভক্তি কৎলু অল্লাহদা অদুনা নখোই চাওখৎপা ফংজনবা।

سُوْرَةُ النِّسَاءِ مَدَنِيَّةٌ

সূরহ ৪ অল-নিসা

(হিজরী মতূংদা থাখি, আয় ত মশিং ১৭৭নি)

১ নবা রুকূ

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

يٰٓاَيُّهَا النَّاسُ اتَّقُوْا رَبَّكُمُ الَّذِىْ خَلَقَكُمْ مِّنْ نَّفْسٍ وَّاحِدَةٍ وَّخَلَقَ مِنْهَا زَوْجَهَا وَبَثَّ مِنْهُمَا رِجَالًا كَثِيْرًا وَّنِسَآءً ۚ وَاتَّقُوا اللّٰهَ الَّذِىْ تَسَآءَلُوْنَ بِهٖ وَالْاَرْحَامَ ؕ اِنَّ اللّٰهَ كَانَ عَلَيْكُمْ رَقِيْبًا ②

২। হে মীওইবশিং! কিয়ু নখোইগী মপুবু, মহাকনা শেমখি নখোইবু মী অমতদগী অমসুং মদুদগী শেমখি মাগী লোয়নবা মপিজা অমসুং মখোই অনিসিদগী শন্দোকখি নিপা অমসুং নুপী কয়া (মরু হুনবগী প্রমাণগুম্না)। মরম অদুনা কিয়ু অল্লাহবু, মহাক্কী মমিংদা নখোই হায়জ-চৎচা তৌই অমনা অমদা, অমসুং (কিয়ু মহাকপু থোইদোক্লা) মরী-মতা শম্নবা মরীগী মরমদা। তশেংবমক অল্লাহনা (মতম-পুম্বদা) চেকশিন্না য়েংবিরি নখোইগী নথক্তা।

وَاٰتُوا الْيَتٰمٰٓى اَمْوَالَهُمْ وَلَا تَتَبَدَّلُوا الْخَبِيْثَ بِالطَّيِّبِ ۪ وَلَا تَاْكُلُوْٓا اَمْوَالَهُمْ اِلٰٓى اَمْوَالِكُمْ ؕ اِنَّهٗ كَانَ حُوْبًا كَبِيْرًا ③

৩। অদুগা পীথোকও পীতৎ-পাতৎপা মচাশিংদা মখোইগী মাল অমসুং ওংথোক-ওনশিন তৌগনু (নশাগী) ফত্তবা পোৎশিং (মখোইগী) অফবা পোৎশিংগা, অমসুং য়োৎকনু মখোইগী মাল-চাং ওগ্রে-তৈগ্রে তৌশিন্দুনা নখোইগী মাল-চাংগা। তশেংবমক মসি অচৌবা পাপনি।

وَاِنْ خِفْتُمْ اَلَّا تُقْسِطُوْا فِى الْيَتٰمٰى فَانْكِحُوْا مَا طَابَ لَكُمْ مِّنَ النِّسَآءِ مَثْنٰى وَثُلٰثَ وَرُبٰعَ ۚ فَاِنْ خِفْتُمْ اَلَّا تَعْدِلُوْا فَوَاحِدَةً اَوْ مَا مَلَكَتْ اَيْمَانُكُمْ ؕ ذٰلِكَ اَدْنٰٓى اَلَّا تَعُوْلُوْا ④

৪। অদুগা করিগুম্বা নখোইনা কিরবদি নিংথীজনা লোয়নবিবা ঙমলোইদবগী পীতৎ-পাতৎপা মচাশিংবু, মওং মতাদুদা নিকাহ তৌ নখোইনা য়ানীংবা নুপীশিং ঃ অনি নত্তগা অহুম নত্তগা মরি (মতম অমতদা); অমসুং নখোইনা কিরবদি মিৎতারেং চুম্না চৎপা ঙমলোইদবগী, অদুগী মতমদা অমতমক (নিকাহ তৌ) নত্তগা নখোইগী নখুৎ য়েংথবংশিংনা দখল তৌরিবা (মীনাই নুপী) অদু (নিকাহ তৌ)। মদুম তৌবনা নখোইনা তৌরোই চুমদবা।

وَءَاتُوا النِّسَآءَ صَدُقٰتِهِنَّ نِحْلَةً ۚ فَإِنْ طِبْنَ لَكُمْ عَنْ شَيْءٍ مِّنْهُ نَفْسًا فَكُلُوهُ هَنِيٓـًٔا مَّرِيٓـًٔا ٥

৫। অদুগা পীয়ু নুপীশিংদা মুহর আনা হরাও-হরাওনা। তৌইগুম্বসুং মখোইনা, মশানা য়ানীংনা, তাবিরবদি নখোইদা শরুক অমা মদুগী, মতমদুদা (নখোইনা) চাও মদু হরাওনা অমসুং নুংঙাইনা।

وَلَا تُؤْتُوا السُّفَهَآءَ أَمْوٰلَكُمُ الَّتِي جَعَلَ اللّٰهُ لَكُمْ قِيٰمًا وَّارْزُقُوهُمْ فِيهَا وَاكْسُوهُمْ وَقُولُوا لَهُمْ قَوْلًا مَّعْرُوفًا ٦

৬। অদুগা পীগনু (মখোইনা) পঙলিঙেদা নখোইগী মাল-সাল মদু অল্লাহনা ওইহল্লি নখোইদগীদমক (মখোইবু) য়োক্লবগী উপায়; তৌইগুম্বসুং মদুনা (কারবার তৌরগা) পিজৌ মখোইবু অমসুং থোনবিয়ু মফিজেৎ অমসুং তম্বিয়ু অফবা ৱাঙাঙ-শাঙাঙ।

وَابْتَلُوا الْيَتٰمٰى حَتّٰىٓ إِذَا بَلَغُوا النِّكَاحَ فَإِنْ ءَانَسْتُمْ مِّنْهُمْ رُشْدًا فَادْفَعُوٓا إِلَيْهِمْ أَمْوٰلَهُمْ ۖ وَلَا تَأْكُلُوهَآ إِسْرَافًا وَّبِدَارًا أَنْ يَّكْبَرُوا ۚ وَمَنْ كَانَ غَنِيًّا فَلْيَسْتَعْفِفْ ۖ وَمَنْ كَانَ فَقِيرًا فَلْيَأْكُلْ بِالْمَعْرُوفِ ۚ فَإِذَا دَفَعْتُمْ إِلَيْهِمْ أَمْوٰلَهُمْ فَأَشْهِدُوا عَلَيْهِمْ ۚ وَكَفٰى بِاللّٰهِ حَسِيبًا ٧

৭। অদুগা চাং য়েংত্রু য়তীমশিংবু মখোইনা য়ুম্বানবগী চহি মতাং য়ৌদরিবা ফাওবা; অদুনা মখোইনা জ্ঞান মপুং ফারবা মতমদা, শীন্নবিয়ু মখোইগী মাল-সাল; অমসুং চাথোক্কনু মদু চাদিং পংতৌ-তৌদুনা অমসুং তহাদুনা মখোইনা চাওবা মথেন ফাদরিঙেদা। অদুগা কনাগুম্বনা ইনাকখুনবা ওইরবদি, লৌগনু, অমসুং লাইরবা ওইরবদি, (অরামল) মতিকচানা লৌদুনা চাও। অদুগা নখোইনা মাল অদু মখোইদা শীন্নবা মতমদা, সাক্ষী কৌশল্ল মখোইগী মমাংদা; অমসুং অল্লাহনা হিসাব লৌবদা মতিক ওকপনি।

لِلرِّجَالِ نَصِيبٌ مِّمَّا تَرَكَ الْوٰلِدٰنِ وَالْأَقْرَبُونَ وَلِلنِّسَآءِ نَصِيبٌ مِّمَّا تَرَكَ الْوٰلِدٰنِ وَالْأَقْرَبُونَ مِمَّا قَلَّ مِنْهُ أَوْ كَثُرَ ۚ نَصِيبًا مَّفْرُوضًا ٨

৮। নিপানা ফংগনি শরুক অমা মপা মমা অমসুং অনকপা মরী-মতান্য থরম্বা (লন-থুম) গী, অমসুং নুপীসু ফংগনি শরুক অমা মপা মমা অমসুং অনকপা মরী-মতানা থরম্বগী, মদু খরতা ওইরবসু নত্ত্রগা য়ামলবসু— অরেপ্পা শরুক ফংগনি।

وَإِذَا حَضَرَ الْقِسْمَةَ أُولُوا الْقُرْبٰى وَالْيَتٰمٰى وَالْمَسٰكِينُ فَارْزُقُوهُمْ مِّنْهُ وَقُولُوا لَهُمْ قَوْلًا مَّعْرُوفًا ٩

৯। অদুগা (সম্পত্তি) য়েন্নবা মতমদা (অরাপ্পা) মরী-মতাশিং অমসুং পীতৎ-পাতৎপা মচাশিং অমসুং লাইরবশিং হাজির ওইরবদি পীয়ু শরুক খরদং মখোইদা মদুদগী অমসুং (খায়দোকনিঙঙাই লৈতরবদি) কোলোয় অমেংবনা নুংশিবা ৱা ঙাঙও মখোইদা।

وَلْيَخْشَ الَّذِينَ لَوْ تَرَكُوا مِنْ خَلْفِهِمْ ذُرِّيَّةً ضِعَافًا خَافُوا عَلَيْهِمْ فَلْيَتَّقُوا اللَّهَ وَلْيَقُولُوا قَوْلًا سَدِيدًا ⑨

১০। অদুগা (য়তীম য়োকপশিং) মখোইনা কিগদবনি অল্লাহবু. মখোইসু (শিদুনা) থরমলবদি অশোনবা মচাশিং. নুংনাংগনি মখোইগীদমক। মরম অদুনা মখোই কিসনু. অল্লাহবু অমসুং ঙাঙসনু অচুম্বা রা।

إِنَّ الَّذِينَ يَأْكُلُونَ أَمْوَالَ الْيَتَامَىٰ ظُلْمًا إِنَّمَا يَأْكُلُونَ فِي بُطُونِهِمْ نَارًا ۖ وَسَيَصْلَوْنَ سَعِيرًا ⑩ ع

১১। পীতং-পাতংপা মচাশিংগী মাল-চাং চুমদনা য়োংপশিংদো. মখোই তশেংবমক চাবনি খাম্বি মৈ মপুকশিংদা। অদুগা মখোইবু চাকথেক-হনবিগনি (নরক্কী) মৈরি থোক্লা চাকপা খাম্বি মৈদা

২ শুবা রুকূ

يُوصِيكُمُ اللَّهُ فِي أَوْلَادِكُمْ ۖ لِلذَّكَرِ مِثْلُ حَظِّ الْأُنثَيَيْنِ ۚ

فَإِن كُنَّ نِسَاءً فَوْقَ اثْنَتَيْنِ فَلَهُنَّ ثُلُثَا مَا تَرَكَ ۖ

وَإِن كَانَتْ وَاحِدَةً فَلَهَا النِّصْفُ ۚ وَلِأَبَوَيْهِ لِكُلِّ

وَاحِدٍ مِّنْهُمَا السُّدُسُ مِمَّا تَرَكَ إِن كَانَ لَهُ وَلَدٌ ۚ

فَإِن لَّمْ يَكُن لَّهُ وَلَدٌ وَوَرِثَهُ أَبَوَاهُ فَلِأُمِّهِ الثُّلُثُ ۚ

فَإِن كَانَ لَهُ إِخْوَةٌ فَلِأُمِّهِ السُّدُسُ ۚ مِن بَعْدِ وَصِيَّةٍ

يُوصِي بِهَا أَوْ دَيْنٍ ۗ آبَاؤُكُمْ وَأَبْنَاؤُكُمْ لَا تَدْرُونَ

أَيُّهُمْ أَقْرَبُ لَكُمْ نَفْعًا ۚ فَرِيضَةً مِّنَ اللَّهِ ۗ إِنَّ اللَّهَ كَانَ

১২। অল্লাহনা য়াথংনবিরি হুকুমসি নখোইগী নচাশিংগী মরমদা: (১ নবদা আইনগী মতুংইন্না) নিপা অমনা ফংগনি নুপী অনিগী শরুক: তৌইগুম্বসুং নুপীঙাক্তা (রারিস) ওইরবদি. নুপী (অনিতা মঙাইরবা নত্রগা) অনিদগী হেল্লবদি থরম্বা মালগী শরুক অহুম থোকপগী অনি ফংগনি: অমসুং নুপী অমতা লৈহৌরবদি, মাগী শরুক তংখায় অমা ফংগনি। (২ শুবদা আইনগী মতুংইন্না. শিখ্রবা) মহাক্কী মপা মমা লৈহৌরবদি মখোই ফংগনি শরুক তরুক থোকপগী অমমম মহাকনা থরম্বগী. মচা নিপা অমা করিগুম্বা লৈহৌরবদি. তৌইগুম্বসুং মচা নিপা লৈহৌদদুনা মপা মমাতনা মহাক্কী রারিস ওইরবদি, মমানা শরুক অহুম থোকপগী অমা ফংগনি অমসুং মহাক্কী ময়াম্বশিং অমসুং মচেশিং নত্রগা মচনশিং লৈহৌরবদি, মমানা শরুক তরুক থোকপগী অমা ফংগনি, শিখ্রবা মহাকনা উইল তৌদুনা পীরম্বা করিগুম্বা লৈরবদি মদু পীথোকখ্রবা মতুংদা নত্রগা শেন্দোন তোল্লমলবদি মদু শিংদোকখ্রবা মতুংদা (সম্পত্তি য়েনগদবনি)। নখোইগী নপা (নপু) শিং অমসুং নচা (নশু) শিং—নখোইনা খঙদে কনানা হেন্না মরী নকশিন্নবা নখোইদা কান্নবদা। মসি অল্লাহগী অরেপ্পা ময়াথংনি। তশেংবমক

عَلِيمًا حَكِيمًا ﴿١١﴾

অল্লাহদি পুংখঙ-খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَلَكُمْ نِصْفُ مَا تَرَكَ أَزْوَاجُكُمْ إِنْ لَمْ يَكُنْ لَهُنَّ
وَلَدٌ ۚ فَإِنْ كَانَ لَهُنَّ وَلَدٌ فَلَكُمُ الرُّبُعُ مِمَّا تَرَكْنَ
مِنْ بَعْدِ وَصِيَّةٍ يُوصِينَ بِهَا أَوْ دَيْنٍ ۚ وَلَهُنَّ الرُّبُعُ
مِمَّا تَرَكْتُمْ إِنْ لَمْ يَكُنْ لَكُمْ وَلَدٌ ۚ فَإِنْ كَانَ لَكُمْ وَلَدٌ
فَلَهُنَّ الثُّمُنُ مِمَّا تَرَكْتُمْ ۚ مِنْ بَعْدِ وَصِيَّةٍ تُوصُونَ
بِهَا أَوْ دَيْنٍ ۗ وَإِنْ كَانَ رَجُلٌ يُورَثُ كَلَالَةً أَوِ امْرَأَةٌ
وَلَهُ أَخٌ أَوْ أُخْتٌ فَلِكُلِّ وَاحِدٍ مِنْهُمَا السُّدُسُ ۚ فَإِنْ
كَانُوا أَكْثَرَ مِنْ ذَٰلِكَ فَهُمْ شُرَكَاءُ فِي الثُّلُثِ ۚ مِنْ
بَعْدِ وَصِيَّةٍ يُوصَىٰ بِهَا أَوْ دَيْنٍ غَيْرَ مُضَارٍّ ۚ وَصِيَّةً
مِنَ اللَّهِ ۗ وَاللَّهُ عَلِيمٌ حَلِيمٌ ﴿١٢﴾

১৩। অদুগা (ঙ শুবদা আইনগী মতুংইন্না) নখোইনা ফংগনি তংখায় অমা নখোইগী নত্তালোইশিংনা থরম্বগী, মখোইগী মচা লৈহৌদ্রবদি; তৌইগুম্বসুং মখোইগী মচা লৈহৌরবদি, নখোইনা ফংগনি শরুক মরি থোকপগী অমা, মখোইনা উইল তৌদুনা পীরম্বা করিগুম্বা লৈরবদি মদু পীথোকখ্রবা মতুংদা নত্ত্রগা শেন্দোন তোল্লমলবদি মদু শিংদোকখ্রবা মতুংদা (মখোইগী সম্পত্তি য়েনগদবনি)। অদুগা মখোইনা (-নখোইগী নুপীশিংনা) ফংগনি শরুক মরি থোকপগী অমা নখোইনা থরম্বগী, নখোইগী নচা লৈহৌদ্রবদি; তৌইগুম্বসুং নচা লৈহৌরবদি, মখোই ফংগনি শরুক নিপান থোকপগী অমা, নখোইনা উইল তৌদুনা পীরম্বা করিগুম্বা লৈরবদি মদু পীথোকখ্রগা নত্ত্রগা শেন্দোন তোল্লমলবদি মদু শিংদোকখ্রগা (সম্পত্তি য়েনগদবনি)। অদুগা কনাগুম্বনা নিপা নত্ত্রগা নুপীনা মপা-মমা নত্ত্রগা মচা লৈহৌদবদা মিরাস থরমলবদি, নিপা (নত্ত্রগা নুপী) অদুগী (মমা তিন্নবা) ময়াম্বা নত্ত্রগা মনাও নিপা অমা অমসুং মচে নত্ত্রগা মচন অমা লৈহৌরবদি, মখোই খুদিংমক ফংগনি শরুক তরুক থোকপগী অমমম; তৌইগুম্বসুং অসিদগী মশিং হেন্না লৈহৌরবদি, মখোই (অপুনবা মালগী) শরুক অহুম থোকপগী অমা শরুক য়ামিন্নগনি, উইল তৌদুনা পীরম্বা করিগুম্বা লৈরবদি মদু পীথোকখ্রগা নত্ত্রগা শেন্দোন তোল্লমলবদি মদু শিংদোকখ্রগা (মিরাস অদু য়েনগদবনি), অমাঙবা থোকহন্দনা (অতৈ অতোপ্পবু)। মসি হুকুমনি অল্লাহদগী। অদুগা অল্লাহদি পুংখঙ-খঙবনি, খাংবিহৈবনি।

تِلْكَ حُدُودُ اللَّهِ ۚ وَمَنْ يُطِعِ اللَّهَ وَرَسُولَهُ يُدْخِلْهُ

১৪। পুম্নমকসি পনথৈনি (লেপথ্রবা) অল্লাহনা। অদুগা কনাগুম্বনা য়াথং ইল্লবদি অল্লাহ অমসুং

মহাক্কী রসুলগী. (অল্লাহ) মহাকনা চঙহনবিগনি মাবু স্বর্গ লৈকোন্নুংশিংদা; মখা অদুদা তুরেলশিং ঈচেল্লি: মদুগী মনুংদা (মহাক) লৈরগনি (লোম্বা লৈতনা), অমসুং মসি অচৌবা জয়নি।

جَنّٰتٍ تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ خٰلِدِيْنَ فِيْهَا ۭ وَذٰلِكَ الْفَوْزُ الْعَظِيْمُ (١٣)

১৫। অদুগা কনাগুম্বনা হায়বা ইন্দ্রবদি অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলগী অমসুং রাংমা লাথোকলবদি মহাক্কী পনখৈগী, (অল্লাহ) মহাকনা চঙহনবিগনি মহাকপু খাম্বি মৈকোন্নুংদা; মদুগী মনুংদা (মহাক) অদুম লৈরগনি, অমসুং মহাক ফংগনি অচোপ্পা রায়েল-চৈরাক।

وَمَنْ يَّعْصِ اللّٰهَ وَرَسُوْلَهٗ وَيَتَعَدَّ حُدُوْدَهٗ يُدْخِلْهُ نَارًا خَالِدًا فِيْهَا ۠ وَلَهٗ عَذَابٌ مُّهِيْنٌ (١٤)

৩ শুবা রুকূ

১৬। অদুগা নখোইগী মোমনু নুপা ওইবীশিং মখোইনা তৌরবদি ঈকাই-খঙদবা থবক, সাক্ষী মরি পুথোকও মখোইগী মায়োক্তা নখোইগী মরক্তগী: অমসুং মখোইনা (মতিকচাবা) প্রমাণ পীরবদি, (১ নবা রারকপগী পারা ওইনা) বন্দ তৌশিন্দুনা থম্মু মখোইবু ময়ুমশিংদা শিদরিবা ফাওবা নত্তগা অল্লাহনা হাংদোকপিদরিবা ফাওবা লম্বী অমা মখোইগীদমক।

وَالّٰتِيْ يَاْتِيْنَ الْفَاحِشَةَ مِنْ نِّسَآئِكُمْ فَاسْتَشْهِدُوْا عَلَيْهِنَّ اَرْبَعَةً مِّنْكُمْ ۚ فَاِنْ شَهِدُوْا فَاَمْسِكُوْهُنَّ فِي الْبُيُوْتِ حَتّٰى يَتَوَفّٰىهُنَّ الْمَوْتُ اَوْ يَجْعَلَ اللّٰهُ لَهُنَّ سَبِيْلًا (١٥)

১৭। অদুগা নখোইগী মরক্তা অনিনা (নিপা ঙাক্তা) তৌরবদি মদুগুম্বা (ওক্তবা থবক), চৈরাক পীয়ু মখোই অনিমকপু; অদুগী তুংদা মখোইনা করি নুংগী তৌরুবনো হায়না নুংঙাইতবা ফোংদোকচরবা অমসুং মরমচৎ চুমথোকচরবদি, থাদোকপিয়ু মখোইবু। তশেংবমক অল্লাহদি হন্না-হন্না চানবিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَالَّذٰنِ يَاْتِيٰنِهَا مِنْكُمْ فَاٰذُوْهُمَا ۚ فَاِنْ تَابَا وَاَصْلَحَا فَاَعْرِضُوْا عَنْهُمَا ۭ اِنَّ اللّٰهَ كَانَ تَوَّابًا رَّحِيْمًا (١٦)

১৮। তশেংবমক অল্লাহনা য়াবি মপাপকী নুংঙাইতবা ফোংদোকচবা অদুগুম্বা মীওইশিংগী মখোইনা অপঙবা লুথোংনদুনা ফত্তরম লম্বীনখিবা মতুংদা থুনা মপাপ হায়দোকচবা। মখোইসিবু অল্লাহনা য়াবি। অদুগা অল্লাহদি পুংখঙ-খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশি বনি।

اِنَّمَا التَّوْبَةُ عَلَى اللّٰهِ لِلَّذِيْنَ يَعْمَلُوْنَ السُّوْٓءَ بِجَهَالَةٍ ثُمَّ يَتُوْبُوْنَ مِنْ قَرِيْبٍ فَاُولٰٓئِكَ يَتُوْبُ اللّٰهُ عَلَيْهِمْ ۭ وَكَانَ اللّٰهُ عَلِيْمًا حَكِيْمًا (١٧)

وَلَيْسَتِ التَّوْبَةُ لِلَّذِينَ يَعْمَلُونَ السَّيِّئَاتِ حَتَّىٰ إِذَا حَضَرَ أَحَدَهُمُ الْمَوْتُ قَالَ إِنِّي تُبْتُ الْآنَ وَلَا الَّذِينَ يَمُوتُونَ وَهُمْ كُفَّارٌ ۚ أُولَٰئِكَ أَعْتَدْنَا لَهُمْ عَذَابًا أَلِيمًا ﴿١٩﴾

১৯। অদুগা 'য়াবিরোই মপাপ হায়দোকচবা অদুগুম্বা মীওইশিংগী মখোইনা ফত্তরম লম্বীনদুনা লৈ অসি য়ৌবফাওবা মখোইগী মরক্তগী কনাগুম্বনা অশিবা লাকলবা মতমদা মহাকনা হায়ঃ "হৌজিক ঐ ফোংদোকচরে নুংঙাইতবা ইপাপকী:" নত্তগা অচুম্বা থাজদবগী ফিবমদা শিবশিং (করিসু কান্নবা ফংলোই)। অসিগুম্বা (মীওই) শিংগীদমক্তা ঐখোইনা তৈয়ার তৌবিখ্রে অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا لَا يَحِلُّ لَكُمْ أَنْ تَرِثُوا النِّسَاءَ كَرْهًا ۖ وَلَا تَعْضُلُوهُنَّ لِتَذْهَبُوا بِبَعْضِ مَا آتَيْتُمُوهُنَّ إِلَّا أَنْ يَأْتِينَ بِفَاحِشَةٍ مُبَيِّنَةٍ ۚ وَعَاشِرُوهُنَّ بِالْمَعْرُوفِ ۚ فَإِنْ كَرِهْتُمُوهُنَّ فَعَسَىٰ أَنْ تَكْرَهُوا شَيْئًا وَيَجْعَلَ اللَّهُ فِيهِ خَيْرًا كَثِيرًا ﴿٢٠﴾

২০। হে অচুম্বা থাজবশিং! লৌহেদে (নখোইগী শিখ্রবা মরী-মতাশিংগী) নুপীশিং (মশানা য়াদবদা) স্বত্ব ওইনা। নত্তগা নখোইনা থমহেদে ফাজিন্দুনা মখোইবু লৌনীংদুনা শরুক খরা নখোইনা পীখিবা (মুহর আনা) অদুগী মখোইদা, নত্তনা মখোই মরাল লৈতরবদি মশক খঙনা লূদবা থবক তৌবগী। অদুগা মরূপনৌ মখোইবু চান্ন-চিন্ননা। মতমদুদা নখোইনা খোইদাদ্রবদি মখোইবু, নখোইনা খোইদাদবসু য়াই পোৎ অমা মদুগী মনুংদা অল্লাহনা থম্বিগ্রবসু য়াম্না অফবা।

وَإِنْ أَرَدْتُمُ اسْتِبْدَالَ زَوْجٍ مَكَانَ زَوْجٍ وَآتَيْتُمْ إِحْدَاهُنَّ قِنْطَارًا فَلَا تَأْخُذُوا مِنْهُ شَيْئًا ۚ أَتَأْخُذُونَهُ بُهْتَانًا وَإِثْمًا مُبِينًا ﴿٢١﴾

২১। অদুগা নখোইনা লৌনীংলবদি নুপী অমা অতৈ অমগী মহুত্তা (—অহানবগীদু খায়নরগা). অমসুং নখোইনা পীখ্রবসু মখোই অমদা শেল-থুম য়াম্না, করিসু লৌগনু মদুদগী। নখোই লৌগে হায়ব্রা মদু চুমদনা বদনাম তৌশিন্দুনা অমসুং তশেং-তশেংবা অরানবা শীজিন্দুনা?

وَكَيْفَ تَأْخُذُونَهُ وَقَدْ أَفْضَىٰ بَعْضُكُمْ إِلَىٰ بَعْضٍ وَأَخَذْنَ مِنْكُمْ مِيثَاقًا غَلِيظًا ﴿٢٢﴾

২২ অদুগা মতৌ করম্না নখোইনা লৌগদৌরিবা মদু নখোই মশেল তরোং-খদান্নথ্রবদা অমসুং (নুপীশিং) মখোইনা লৌথ্রবদা নখোইদগী অচেৎপা ব্রাশক?

وَلَا تَنْكِحُوا مَا نَكَحَ آبَاؤُكُمْ مِنَ النِّسَاءِ إِلَّا مَا قَدْ

২৩। অদুগা নিকাহ তৌগনু নুপীশিং নখোইগী পন্থৌশিংনা য়ুম্বান্নরমথ্রবা, নত্তনা (অথিংবা য়াথংসিগী) মমাংদা তৌখিবদু। তশেংবমক মসি

سَلَفَ ۭ اِنَّهٗ كَانَ فَاحِشَةً وَّمَقْتًا ۭ وَسَاۗءَ سَبِيْلًا ۝۲۲

ঈকাই-খঙদবনি অমসুং তুক্কচনিঙঙাইনি ; অমসুং ফত্তবা থৌদৌনি।

৪ শুবা রুকূ

حُرِّمَتْ عَلَيْكُمْ اُمَّهٰتُكُمْ وَبَنٰتُكُمْ وَاَخَوٰتُكُمْ وَعَمّٰتُكُمْ وَخٰلٰتُكُمْ وَبَنٰتُ الْاَخِ وَبَنٰتُ الْاُخْتِ وَاُمَّهٰتُكُمُ الّٰتِيْٓ اَرْضَعْنَكُمْ وَاَخَوٰتُكُمْ مِّنَ الرَّضَاعَةِ وَاُمَّهٰتُ نِسَاۗىِٕكُمْ وَرَبَاۗىِٕبُكُمُ الّٰتِيْ فِيْ حُجُوْرِكُمْ مِّنْ نِّسَاۗىِٕكُمُ الّٰتِيْ دَخَلْتُمْ بِهِنَّ ۡ فَاِنْ لَّمْ تَكُوْنُوْا دَخَلْتُمْ بِهِنَّ فَلَا جُنَاحَ عَلَيْكُمْ ۡ وَحَلَاۗىِٕلُ اَبْنَاۗىِٕكُمُ الَّذِيْنَ مِنْ اَصْلَابِكُمْ ۙ وَاَنْ تَجْمَعُوْا بَيْنَ الْاُخْتَيْنِ اِلَّا مَا قَدْ سَلَفَ ۭ اِنَّ اللّٰهَ كَانَ غَفُوْرًا رَّحِيْمًا ۝۲۳

২৪। নখোইদা (নিকাহ তৌবদা) থিংবশিংদি ঃ পল্লেম নমাশিং অমসুং নচা নুপীশিং অমসুং নচে নচনশিং অমসুং পণ্ডৌগী মচে-মচনশিং অমসুং পল্লেমগী মচে মনাওশিং অমসুং নয়াম্বা নত্তগা ননাওগী মচা নুপীশিং অমসুং নচে নত্তগা নচনগী মচা নুপীশিং অমসুং খোম ওকপী নমাশিং অমসুং খোম থকমিন্নবা নচে-নচনশিং অমসুং (নতু পোকপী) ননেম্বোকশিং অমসুং নখোইনা নাও-য়োকচরিবী পোক্তবী নচা নুপীশিং—নখোইগী নুপীশিংনা (পোকপা) মখোইদা নখোইনা পাদোং-খ্রবা, তৌইগুম্বসুং নখোইনা পাদোংখিদ্রবদি মখোইবু দোশ করিসু লৈতে (নিকাহ তৌবদা মখোইগী মচা নুপীশিংবু) ; অমসুং নখোইনা মরু হুন্দুনা পোকখিবা নচা নিপাশিংনা যুম্বান্নরম্বা নুপীশিং অমসুং পা-মা তিন্নবা নুপী মচিন মনাও অনি পুন্না যুম্বান্নবসু থিংই, নত্তনা মমাংদা (অথিংবা য়াথং অসিগী) হান্না তৌখিবদু। তশেংবমক অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَّالْمُحْصَنٰتُ مِنَ النِّسَاۗءِ اِلَّا مَا مَلَكَتْ اَيْمَانُكُمْ ۚ كِتٰبَ اللّٰهِ عَلَيْكُمْ ۚ وَاُحِلَّ لَكُمْ مَّا وَرَاۗءَ ذٰلِكُمْ اَنْ تَبْتَغُوْا بِاَمْوَالِكُمْ مُّحْصِنِيْنَ غَيْرَ مُسٰفِحِيْنَ ۭ فَمَا اسْتَمْتَعْتُمْ بِهٖ مِنْهُنَّ فَاٰتُوْھُنَّ اُجُوْرَھُنَّ فَرِيْضَةً ۭ وَلَا جُنَاحَ عَلَيْكُمْ فِيْمَا تَرٰضَيْتُمْ بِهٖ مِنْۢ بَعْدِ الْفَرِيْضَةِ ۭ

২৫। অদুগা (নিকাহ তৌবা হরামনি) যুম্বাল্লিবী নুপীশিং, নত্তনা নখোইনা মপু ওইরিবা তযুম নাই (ওইরিবী) শিংদু। মসি অল্লাহগী ময়াথংনি নখোইদা। অদুগা (মথক্কী আয়তদা) হায়খিবশিংদু নত্তবমখৈদি নখোইদা হলালনি, অদুনা নখোই থিজৌ মখোইবু নরন-নথুম খরচ তৌদুনা, চুম্না লুহোং-খোঙদোংদুনা অমসুং লান্নবদি তৌদনা। অদুগা কান্নবা ফংনীংবগীদমক নখোইনা মখোইদগী লেপ্লবা (মতুংইন্না) পীয়ু মুহর আনা মখোইগী ; অমসুং দোশ করিসু লৈতে মখোইদা (মদু হেনগৎনা নত্তগা হন্থনা পীবা) নখোই মশেল

إِنَّ اللَّهَ كَانَ عَلِيمًا حَكِيمًا ﴿٢٥﴾

য়ানদুনা লেপ্পুখ্রবা মতুংদা। তশেংবমক অল্লাহদি (নখোইনা তৌবা) পুম্নমক খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَمَن لَّمْ يَسْتَطِعْ مِنكُمْ طَوْلًا أَن يَنكِحَ الْمُحْصَنَاتِ الْمُؤْمِنَاتِ فَمِن مَّا مَلَكَتْ أَيْمَانُكُم مِّن فَتَيَاتِكُمُ الْمُؤْمِنَاتِ ۚ وَاللَّهُ أَعْلَمُ بِإِيمَانِكُم ۚ بَعْضُكُم مِّن بَعْضٍ ۚ فَانكِحُوهُنَّ بِإِذْنِ أَهْلِهِنَّ وَآتُوهُنَّ أُجُورَهُنَّ بِالْمَعْرُوفِ مُحْصَنَاتٍ غَيْرَ مُسَافِحَاتٍ وَلَا مُتَّخِذَاتِ أَخْدَانٍ ۚ فَإِذَا أُحْصِنَّ فَإِنْ أَتَيْنَ بِفَاحِشَةٍ فَعَلَيْهِنَّ نِصْفُ مَا عَلَى الْمُحْصَنَاتِ مِنَ الْعَذَابِ ۚ ذَٰلِكَ لِمَنْ خَشِيَ الْعَنَتَ مِنكُمْ ۚ وَأَن تَصْبِرُوا خَيْرٌ لَّكُمْ ۗ وَاللَّهُ غَفُورٌ رَّحِيمٌ ﴿٢٦﴾ ع

২৬। অদুগা নখোইগী মরক্তা কনাগুম্বনা লৈতরবদি মতিকচাবা উপায় লুহোংনবগী মনীংতম্বা ঈমান্দারী নুপী, (মহাক লুহোংবা য়াই) নখোইনা মপু ওইরিবা ঈমান্দারী মীনাই নুপীশিং। অদুগা অল্লাহনা মুন্না খঙই নখোইগী ঈমান; নখোই (অমসুং নখোইগী তয়ুম নাইশিং) নশা অমতনি। মরম অদুনা লুহোংঙু মখোইবু লোইবা মপুশিংদগী হুকুম ফংলগা অমসুং পীয়ু মখোইদা মখোইগী মুহর আনা নিংথীজনা মখোই সতীনিং নিপা ভাঙনদে নত্তগা লোন্না নুংশিনবা নিপা থমদে। অদুগা লুহোংলবা মতুংদা মখোইনা (নুংওন পুকনিং ফমহোংদুনা) নিপা ভাক্ল-শান্নরবদি (অমসুং লান্নরবদি), মখোই চৈরাক ফংগনি তংখায় অমা মনীংতম্বা নুপীদা পীফম থোকপগী। মসি নখোইগী মরক্তা অদুগুম্বা মীওইগীনি — মহাকনা কিজে (য়ুম্বান্দদুনা লৈরগা) পাপ তৌরুগদ্রা হায়না। তৌইগুম্বসুং নখোইনা খাংদুনা লৈরবদি, নখোইগী হেন্না অফবনি। অদুগা অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

৫ শুবা রুকূ

يُرِيدُ اللَّهُ لِيُبَيِّنَ لَكُمْ وَيَهْدِيَكُمْ سُنَنَ الَّذِينَ مِن قَبْلِكُمْ وَيَتُوبَ عَلَيْكُمْ ۗ وَاللَّهُ عَلِيمٌ حَكِيمٌ ﴿٢٧﴾

২৭। অল্লাহনা খঙহন্নীংই নখোইদা অমসুং লমজিংবিনীংই নখোইবু নখোইগী মমাংদা লৈরম্বা (মীরোন) শিংনা চৎখিবা লম্বীদা, অমসুং চানবিনীংই নখোইবু ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা। অদুগা অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَاللَّهُ يُرِيدُ أَن يَتُوبَ عَلَيْكُمْ وَيُرِيدُ الَّذِينَ يَتَّبِعُونَ

২৮। অদুগা অল্লাহনা চানবিনীংই নখোইবু ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা। তৌইগুম্বসুং মপুকনিংগী অপাম্বা

الشَّهَوٰتِ اَنْ تَمِيْلُوْا مَيْلًا عَظِيْمًا ﴿٢٨﴾

মতুংইন্না (পুন্সি) খোঙফম্নবশিংনা হাইদোক-হন্নীংই নখোইবু লম্বী লান্না।

يُرِيْدُ اللّٰهُ اَنْ يُّخَفِّفَ عَنْكُمْ ۚ وَخُلِقَ الْاِنْسَانُ ضَعِيْفًا ﴿٢٩﴾

২৯। অল্লাহনা য়াংহনবিনীংই নখোইগী দায়ী কোকথোং, মরমদি তাইবঙ মীবু শোন্না শেমখিএ।

يٰۤاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا لَا تَاْكُلُوْۤا اَمْوَالَكُمْ بَيْنَكُمْ بِالْبَاطِلِ اِلَّاۤ اَنْ تَكُوْنَ تِجَارَةً عَنْ تَرَاضٍ مِّنْكُمْ ۗ وَلَا تَقْتُلُوْۤا اَنْفُسَكُمْ ۗ اِنَّ اللّٰهَ كَانَ بِكُمْ رَحِيْمًا ﴿٣٠﴾

৩০। হে অচুম্বা থাজবশিং! য়োৎকনু নখোইগী নরন-নথুম নখোই নশেলগী মরক্তা অরানবা পাম্বে শীজিন্নদুনা, নত্তনা কারবার তৌমিন্নবা নখোই মশেল য়ানদুনা। অদুগা নথন্তা শিজগনু। তশেংবমক অল্লাহদি (মতম-পুম্বদা) নুংশিহৈবনি নখোইদা।

وَمَنْ يَّفْعَلْ ذٰلِكَ عُدْوَانًا وَّظُلْمًا فَسَوْفَ نُصْلِيْهِ نَارًا ۗ وَكَانَ ذٰلِكَ عَلَى اللّٰهِ يَسِيْرًا ﴿٣١﴾

৩১। অদুগা কনাগুম্বনা মদুম তৌরবদি লম হেন্দুনা অমসুং চুমদনা, ঐখোইনা হুনজিনবিগনি মহাকপু খাম্বি মৈদা; অমসুং মদু তরায়বনি অল্লাহদা।

اِنْ تَجْتَنِبُوْا كَبَآئِرَ مَا تُنْهَوْنَ عَنْهُ نُكَفِّرْ عَنْكُمْ سَيِّاٰتِكُمْ وَنُدْخِلْكُمْ مُّدْخَلًا كَرِيْمًا ﴿٣٢﴾

৩২। নখোইনা থাদোকলবদি নখোইবু তৌগনু হায়না থিংখিবা অচৌবা রারমশিং, ঐখোইনা লৌথোকপিগনি নখোইদগী (অপিকপা) ফত্তবশিং অমসুং চঙহনবিগনি নখোইবু ঈকাইখুম্নবগী খুবমদা।

وَلَا تَتَمَنَّوْا مَا فَضَّلَ اللّٰهُ بِهٖ بَعْضَكُمْ عَلٰى بَعْضٍ ۗ لِلرِّجَالِ نَصِيْبٌ مِّمَّا اكْتَسَبُوْا ۗ وَلِلنِّسَآءِ نَصِيْبٌ مِّمَّا اكْتَسَبْنَ ۗ وَسْئَلُوا اللّٰهَ مِنْ فَضْلِهٖ ۗ اِنَّ اللّٰهَ كَانَ بِكُلِّ شَيْءٍ عَلِيْمًا ﴿٣٣﴾

৩৩। অদুগা কল্লক-মিহৌবা তৌগনু মদুগী মতেংনা অল্লাহনা ওইহল্লি নখোই খরবু মীথোই-মীহেনবা অতৈগী মথক্তা। নিপানা তৌবা কমায়গী মখোইনা ফংগনি কান্নবা, অমসুং নুপীনা তৌবা কমায়গী মখোইনা ফংগনি কান্নবা। অদুগা নীজৌ অল্লাহদা মহাক্কী থৌজাল। তশেংবমক অল্লাহদি খঙবনি পোৎ পুম্নমক।

وَلِكُلٍّ جَعَلْنَا مَوَالِيَ مِمَّا تَرَكَ الْوَالِدٰنِ وَالْاَقْرَبُوْنَ ۗ وَالَّذِيْنَ عَقَدَتْ اَيْمَانُكُمْ فَاٰتُوْهُمْ نَصِيْبَهُمْ ۗ اِنَّ اللّٰهَ كَانَ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ شَهِيْدًا ﴿٣٤﴾ ع

৩৪। অদুগা ঐখোইনা লেপ্পিখ্রে রারিস মী খুদিংমক্কী মপা-মমানা অমসুং মরী-মতানা থরম্বা (সম্পত্তি) গী, অমসুং অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইদা নখোইগী রাশকনা শোয়দ্রে হায়না করার তৌখিবদু, পীয়ু মখোইদা মখোইগী শরুক। তশেংবমক অল্লাহনা মিৎয়েং তাবিরি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

৬ শুবা রুকূ

৩৫। নিপাশিংনা ঙাকপি-শেনবিবনি নুপীশিংগী মরমদি অল্লাহনা মখোই খরবু থাক হেনহল্লি অতোপ্পদগী, অমসুং মরমদি (নিপাশিং) মখোইনা তৌই খরচ মখোইগী মরন-মথুম (য়োক-থাক্লবগী) মখোইবু। মরম অদুনা ধর্ম্মচেনবা নুপীশিংদি হায়বা ইনবনি অমসুং ঙাক-শেল্লি (মপুরোই-বশিংগী) অরোন-অথুপ্পশিং লোয়ননা অল্লাহনা ঙাকপিবগা। অদুগা অদুগুম্বা নুপীশিং নখোইনা কিরবা মখোইগী হায়বা ইন্দবগী রারকও মখোইবু (অদুদা ফগৎলক্রবদি)
খায়দোকও হিপফম মখোইবু (অদুদসু মহল্লক্রবদি) দণ্ডি পীদুনা
রারকও মখোইবু। অদুদা হায়বা ইল্লবদি, অতোপ্পা থবক অমা চথরগনু মখোইগী মথক্তা। তশেংবমক অল্লাহদি ইরাং-রাংবনি, খ্বাইদগী হেন্না অচৌবনি।

اَلرِّجَالُ قَوّٰمُوْنَ عَلَى النِّسَآءِ بِمَا فَضَّلَ اللّٰهُ بَعْضَهُمْ
عَلٰى بَعْضٍ وَّ بِمَآ اَنْفَقُوْا مِنْ اَمْوَالِهِمْ ؕ فَالصّٰلِحٰتُ
قٰنِتٰتٌ حٰفِظٰتٌ لِّلْغَيْبِ بِمَا حَفِظَ اللّٰهُ ؕ وَالّٰتِيْ تَخَافُوْنَ
نُشُوْزَهُنَّ فَعِظُوْهُنَّ وَاهْجُرُوْهُنَّ فِى الْمَضَاجِعِ
وَاضْرِبُوْهُنَّ ۚ فَاِنْ اَطَعْنَكُمْ فَلَا تَبْغُوْا عَلَيْهِنَّ
سَبِيْلًا ؕ اِنَّ اللّٰهَ كَانَ عَلِيًّا كَبِيْرًا ﴿۳۴﴾

৩৬। অদুগা নখোইনা কিরবদি অকায়বা থোকপা য়াই হায়না (পা-পী) অনিগী মরক্তা, খৎনবা খামজিন্নবা মী অমা নিপাগী মায়কৈদগী অমসুং অতোপ্পা মী অমা নুপীগী মায়কৈদগী খল্লু। মখোই অনিনা পামলবদি তাইশন্নবা, অল্লাহনা য়াহনবিনি মদু মখোই অনিমক্তা। তশেংবমক অল্লাহদি পুংখঙ-খঙবনি, খবররালানি।

وَاِنْ خِفْتُمْ شِقَاقَ بَيْنِهِمَا فَابْعَثُوْا حَكَمًا مِّنْ
اَهْلِهٖ وَحَكَمًا مِّنْ اَهْلِهَا ۚ اِنْ يُّرِيْدَآ اِصْلَاحًا يُّوَفِّقِ
اللّٰهُ بَيْنَهُمَا ؕ اِنَّ اللّٰهَ كَانَ عَلِيْمًا خَبِيْرًا ﴿۳۵﴾

৩৭। অদুগা ভক্তি কৎলু অল্লাহদা অমসুং তিন্নহনগনু কনামতবু মশরুক য়ামিন্নবা ওইনা মহাক্কী অমসুং অফবা তৌ নপা নমাদা অমসুং অনকপা মরী-মতা থোকপশিংদা অমসুং মপা মমা লৈতরবশিংদা অমসুং অরা-অনংবশিংদা অমসুং মরী থোক্লবা য়ুমলোন-কৈরোন্নবশিংদা অমসুং লমলাম্বা য়ুমলোন-কৈরোন্নবশিংদা অমসুং তিন্নবা মরূপশিংদা অমসুং লম কোয়বশিংদা অমসুং নখোইগী য়েংথংবা নখুৎশিংনা দখল তৌরি-

وَاعْبُدُوا اللّٰهَ وَلَا تُشْرِكُوْا بِهٖ شَيْئًا وَّبِالْوَالِدَيْنِ
اِحْسَانًا وَّبِذِى الْقُرْبٰى وَالْيَتٰمٰى وَالْمَسٰكِيْنِ وَالْجَارِ
ذِى الْقُرْبٰى وَالْجَارِ الْجُنُبِ وَالصَّاحِبِ بِالْجَنْۢبِ
وَابْنِ السَّبِيْلِ ۙ وَمَا مَلَكَتْ اَيْمَانُكُمْ ؕ اِنَّ اللّٰهَ لَا يُحِبُّ

مَنْ كَانَ مُخْتَالًا فَخُوْرَا ۙ ﴿٣٦﴾

বশিংদা (তয়ুম নাইশিংদা)। তশেংবমক অল্লাহনা নুংশিবিদে নাপল-লুথোংনদুনা চাউথোকপশিংবু,

الَّذِيْنَ يَبْخَلُوْنَ وَيَأْمُرُوْنَ النَّاسَ بِالْبُخْلِ وَيَكْتُمُوْنَ مَآ اٰتٰىهُمُ اللّٰهُ مِنْ فَضْلِهٖ ۗ وَاَعْتَدْنَا لِلْكٰفِرِيْنَ عَذَابًا مُّهِيْنًا ۚ ﴿٣٧﴾

৩৮। মখোই অরীকপা কুপশুনি অমসুং তাকশিল্লি মীশিংবু অরীকপা ওইনবা, অমসুং লোৎশিল্লি অল্লাহনা পীখিবদু মখোইদা মহাক্কী থৌজালনা। অদুগা ঐখোইনা থৌরাং তৌদুনা থম্বিখ্রে লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগীদমক চোপ-হন্নঙাই ওইবা রায়েল-চৈরাক।

وَالَّذِيْنَ يُنْفِقُوْنَ اَمْوَالَهُمْ رِئَآءَ النَّاسِ وَلَا يُؤْمِنُوْنَ بِاللّٰهِ وَلَا بِالْيَوْمِ الْاٰخِرِ ۗ وَمَنْ يَّكُنِ الشَّيْطٰنُ لَهٗ قَرِيْنًا فَسَآءَ قَرِيْنًا ﴿٣٨﴾

৩৯। অদুগা অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা খরচ তৌই মখোইগী মরন-মথুম মীশিংবু উহন্নীংদুনা অমসুং থাজদে অল্লাহবু অমসুং অরোয়বা নুমিৎপু। অদুগা কনাগুম্বনা ওইরবদি শৈতানবু মহাক্কী তিন্নবা মরূপ, ফত্তবা মরূপনি মহাকদু।

وَمَاذَا عَلَيْهِمْ لَوْ اٰمَنُوْا بِاللّٰهِ وَالْيَوْمِ الْاٰخِرِ وَاَنْفَقُوْا مِمَّا رَزَقَهُمُ اللّٰهُ ۗ وَكَانَ اللّٰهُ بِهِمْ عَلِيْمًا ﴿٣٩﴾

৪০। অদুগা করি (অমাঙবা) থোকনঙাই লৈ মখোইদা, মখোইনা থাজবদা অল্লাহবু অমসুং অরোয়বা নুমিৎপু, অমসুং খরচ তৌবদা অল্লাহনা পীখিবা অদুদগী মখোইদা? অদুগা অল্লাহনা মুন্না খঙই মখোইবু।

اِنَّ اللّٰهَ لَا يَظْلِمُ مِثْقَالَ ذَرَّةٍ ۚ وَاِنْ تَكُ حَسَنَةً يُّضٰعِفْهَا وَيُؤْتِ مِنْ لَّدُنْهُ اَجْرًا عَظِيْمًا ﴿٤٠﴾

৪১। তশেংবমক অল্লাহনা তৌবিদে অরানবা খজিক্তং ফাওবা (কনামতদা)। অদুগা (কনাগুম্বনা তৌরবদি) অফবা থবক অমা, মহাকনা হেনগৎহনবি মদু শরুক য়াম্না অমসুং পীবি মহাক্কী মায়কৈদগী অচৌবা মহৈ।

فَكَيْفَ اِذَا جِئْنَا مِنْ كُلِّ اُمَّةٍ بِشَهِيْدٍ وَّجِئْنَا بِكَ عَلٰى هٰٓؤُلَآءِ شَهِيْدًا ۗ ﴿٤١﴾

৪২। অদুগা করি থোক্কনি (মখোই) ঐখোইনা পুথোরকপদা সাক্ষী অমমম জাতি খুদিংমক্তগী অমসুং পুথোক্কনি নংবুসু সাক্ষী অমা ওইনা মখোইসিগী মায়োক্তা?

يَوْمَئِذٍ يَّوَدُّ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا وَعَصَوُا الرَّسُوْلَ لَوْ تُسَوّٰى بِهِمُ الْاَرْضُ ۗ وَلَا يَكْتُمُوْنَ اللّٰهَ حَدِيْثًا ﴿٤٢﴾

৪৩। কোরৌ নোংজা অদুদা লমফৈ-খোঙফম্নবম্বা অমসুং রসুলনা হায়বদা ইল্লমদবশিংনা পামগনি মদুদি পৃথিবীসি চপ মান্নবা তেমশিনখিরমলবদি মখোই য়াওনা। অদুগা মখোইনা ঙমলোই লোৎশিনবা করিমতা অল্লাহদগী।

### ৭ শুবা রুকূ

৪৪। হে অচুম্বা থাজবশিং ! চঙগনু নমাজদা নখোইনা বুদ্ধি তাদবা ফিবমদা, নখোইনা খঙদ্রিবা ফাওবা নখোইনা ঙাঙ-শকলিবদু, নত্তুগা নখোইনা নশা মাংলিঙৈদা, নত্তনা নখোইনা মফম অমদা চৎপা খোঙচত্তা, (হৌন-চৎনবী মতুংইন্না) ঈরুজদরিবা ফাওবা। অদুগা নখোইনা নারবদি নত্তুগা (নশা মাংনা) লংফৈ থোকলবদি নত্তুগা নখোই কনাগুম্বা অমনা থোরকপদা পাইখানহদগী নত্তুগা নখোইনা নুপীদা নাওচন লীলা শান্নরুরবা (মতুং) দা, নখোইনা (ঈরুজনবা) ঈশিং ফংদ্রবদি, লৈবাক মকুপ অশেংবা (খরা) লৌরগা নাথোকও নমায়শিং অমসুং নখুৎশিং। তশেংবমক, অল্লাহদি ঙাকপি-কনবিহৈবনি, য়োনজ-কোকপিহৈবনি।

يٰۤاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا لَا تَقْرَبُوا الصَّلٰوةَ وَاَنْتُمْ سُكٰرٰى
حَتّٰى تَعْلَمُوْا مَا تَقُوْلُوْنَ وَلَا جُنُبًا اِلَّا عَابِرِىْ سَبِيْلٍ
حَتّٰى تَغْتَسِلُوْا ؕ وَاِنْ كُنْتُمْ مَّرْضٰۤى اَوْ عَلٰى سَفَرٍ اَوْ جَآءَ
اَحَدٌ مِّنْكُمْ مِّنَ الْغَآئِطِ اَوْ لٰمَسْتُمُ النِّسَآءَ فَلَمْ تَجِدُوْا
مَآءً فَتَيَمَّمُوْا صَعِيْدًا طَيِّبًا فَامْسَحُوْا بِوُجُوْهِكُمْ وَ
اَيْدِيْكُمْ ؕ اِنَّ اللّٰهَ كَانَ عَفُوًّا غَفُوْرًا ﴿۴۳﴾

৪৫। নং উদব্রা কিতাবকী শরুক অমা পীখিবা মখোইশিংদু ? মখোইনা নৈশিল্লি অরানবা অমসুং পামই নখোইবু সু লম্বী লম্মাঙহনবা।

اَلَمْ تَرَ اِلَى الَّذِيْنَ اُوْتُوْا نَصِيْبًا مِّنَ الْكِتٰبِ يَشْتَرُوْنَ
الضَّلٰلَةَ وَيُرِيْدُوْنَ اَنْ تَضِلُّوا السَّبِيْلَ ؕ ﴿۴۴﴾

৪৬। অদুগা অল্লাহনা মুন্না খঙই নখোইগী য়েক্লবশিং। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা ওকলে মরূপ অমা ওইনা অমসুং অল্লাহনা ওকলে তেংবাংবিবা অমা ওইনা।

وَاللّٰهُ اَعْلَمُ بِاَعْدَآئِكُمْ ؕ وَكَفٰى بِاللّٰهِ وَلِيًّا ۙ وَّكَفٰى
بِاللّٰهِ نَصِيْرًا ﴿۴۵﴾

৪৭। য়হূদীশিংগী মরক্তা খরনা ওনথোকই ৱাহৈশিং মখোইগী (অচুম্বা) অফমশিংদগী অমসুং হায় ঃ "ঐখোইনা তারে" অমসুং (তুমিন্না) "ঐখোইনা হায়বা ইন্দরে" অমসুং (লাউনা) "তাও" অমসুং (তুমিন্না) "অল্লাহনা করি হায়রিবা নংনা তাদবা" অমসুং "রা-ই না" (ঐখোইনা হায়বা তাও) মরৈতোনশিং কোল্লপ তৌদুনা অমসুং (মদুনা) চৈ (নংগী) ধর্ম্মবু। তৌইগুম্বসুং মখোইনা হায়রমলবদি ঃ ঐখোইনা তাজরে অমসুং ঐখোইনা হায়বা ইনজরে অমসুং তাবিয়ু অমসুং 'উনজুরনা' (ঐখোইদা পুকনিং চঙবিয়ু),— মখোইগী হেন্না ফবা অমসুং হেন্না চুম্বা ওইরমগনি ঃ

مِنَ الَّذِيْنَ هَادُوْا يُحَرِّفُوْنَ الْكَلِمَ عَنْ مَّوَاضِعِهٖ
وَيَقُوْلُوْنَ سَمِعْنَا وَعَصَيْنَا وَاسْمَعْ غَيْرَ مُسْمَعٍ وَّ
رَاعِنَا لَيًّا ۢبِاَلْسِنَتِهِمْ وَطَعْنًا فِى الدِّيْنِ ؕ وَلَوْ اَنَّهُمْ
قَالُوْا سَمِعْنَا وَاَطَعْنَا وَاسْمَعْ وَانْظُرْنَا لَكَانَ خَيْرًا
لَّهُمْ وَاَقْوَمَ ۙ وَلٰكِنْ لَّعَنَهُمُ اللّٰهُ بِكُفْرِهِمْ فَلَا

يُؤْمِنُونَ إِلَّا قَلِيلًا ﴿٤٦﴾

তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা সিরাপ তৌবিখ্রে মখোইবু মখোইনা লমফৈ-খোঙফম্নবগী মরম্না, মরমদুনা মখোই অচুম্বা থাজদে, (মখোই) খরা নত্তনা।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ أُوتُوا الْكِتَابَ آمِنُوا بِمَا نَزَّلْنَا مُصَدِّقًا لِّمَا مَعَكُم مِّن قَبْلِ أَن نَّطْمِسَ وُجُوهًا فَنَرُدَّهَا عَلَىٰ أَدْبَارِهَا أَوْ نَلْعَنَهُمْ كَمَا لَعَنَّا أَصْحَابَ السَّبْتِ ۚ وَكَانَ أَمْرُ اللَّهِ مَفْعُولًا ﴿٤٧﴾

৪৮। হে কিতাব পীখ্রবা মীশিং! নখোই থাজৌ ঐখোইনা থাবিখিবা অদুদা, মদুনা প্রমাণ পী অচুম্বনি হায়না নখোইগী (হান্না) লৈজরিবা অদু, মমাংদা ঐখোইনা মাঙহনবিদরিঙৈ (নখোইগী) লুচিংবশিং অমসুং তুং হন্দোক-হনবিদরিঙৈ মখোইবু নত্ত্রগা সিরাপ তৌবিদরিঙৈদা মখোইবু (মমাংঙৈদা) ঐখোইনা সিরাপ তৌবিখিবগুম্না 'সববাথ' থুগায়বশিংবু। অদুগা (খঙজু) অল্লাহগী হুকুমদি (মতম-পুম্বদা) পুরা তৌবা তাবনি।

إِنَّ اللَّهَ لَا يَغْفِرُ أَن يُشْرَكَ بِهِ وَيَغْفِرُ مَا دُونَ ذَٰلِكَ لِمَن يَشَاءُ ۚ وَمَن يُشْرِكْ بِاللَّهِ فَقَدِ افْتَرَىٰ إِثْمًا عَظِيمًا ﴿٤٨﴾

৪৯। তশেংবমক অল্লাহনা কোকপিরোই মহাক্কী মশরুক য়ামিন্নবা লৈ হায়জিনববু; তৌইগুম্বসুং মহাকনা কোকপিগনি অসি নত্তবা (মরাল) পুম্নমক মহাকনা চানবিবগী মতুংইন্না। অদুগা কনাগুম্বনা থৈজিল্লবদি মশরুক য়ামিন্নবশিং অল্লাহদা, মহাকনা তশেংবমক লাংশিনজবনি অচৌবা পাপ।

أَلَمْ تَرَ إِلَى الَّذِينَ يُزَكُّونَ أَنفُسَهُم ۚ بَلِ اللَّهُ يُزَكِّي مَن يَشَاءُ وَلَا يُظْلَمُونَ فَتِيلًا ﴿٤٩﴾

৫০। নং উদব্রা মখোইশিংদো—মশাবু অশেংবা শাজিন্নবশিং? নত্তে, অল্লাহনা শেংদোকপি মহাকনা চানবিবা (মতিকচাবা) শিংবুতা, অমসুং মখোইবু তৌবিরোই অরানবা শমলাং মফৈ অমা ফাওবা।

انظُرْ كَيْفَ يَفْتَرُونَ عَلَى اللَّهِ الْكَذِبَ ۖ وَكَفَىٰ بِهِ إِثْمًا مُّبِينًا ﴿٥٠﴾

৫১। য়েংউ! কয়া য়াম্না মখোইনা মীনম্বা শাজিন-শাজিন্দুনা হায়রিবা অল্লাহদা! অমসুং মখোইনা তৌরিবা অসিমক মতিকচানা মশক খঙলবা পাপনি।

৮ শুবা রুকূ

أَلَمْ تَرَ إِلَى الَّذِينَ أُوتُوا نَصِيبًا مِّنَ الْكِتَابِ يُؤْمِنُونَ بِالْجِبْتِ وَالطَّاغُوتِ وَيَقُولُونَ لِلَّذِينَ كَفَرُوا هَٰؤُلَاءِ

৫২। নং উদব্রা কিতাবকী শরুক অমা পীখিবা মখোইদো? মখোইনা থাজে ফত্তবা পোৎশিং অমসুং (তুং ইল্লি) লমকেৎ-লমহাইবশিংগী,

অমসুং মখোইনা হায় ধর্ম্ম চত্তবশিংবু শৌগত্তুনা ঃ "মখোইসিনা হেন্না অচুম্বা লম্বীনে (ধর্ম্মগী) লম্বীদা, অচুম্বা থাজবশিংদগী।"

أَهْدَىٰ مِنَ الَّذِينَ آمَنُوا سَبِيلًا ﴿٥١﴾

৫৩। মখোইসিবু সিরাপ তৌবিখ্রে অল্লাহনা। অদুগা কনাগুম্বা অমবু সিরাপ তৌবিখ্রবদা, নংনা ফংলরোই মহাক্কী তেংবাংবিনবা কনা অমতা।

أُولَٰئِكَ الَّذِينَ لَعَنَهُمُ اللَّهُ ۖ وَمَن يَلْعَنِ اللَّهُ فَلَن تَجِدَ لَهُ نَصِيرًا ﴿٥٢﴾

৫৪। নত্ত্রগা মখোইগী চাকথুং য়াওরিব্রা নিংথৌ লৈবাক (ইব্রাহীমদা ৱাশকপিখিবা অদু) দা? তৌইগুম্বসুং মখোইনা পীনীংলোই মীশিংদা খুজিনমুক ফাওবা।

أَمْ لَهُمْ نَصِيبٌ مِّنَ الْمُلْكِ فَإِذًا لَّا يُؤْتُونَ النَّاسَ نَقِيرًا ﴿٥٣﴾

৫৫। নত্ত্রগা মখোইনা কল্লক-মিহৌব্রা মীশিংবু অল্লাহনা পীখিবদা মখোইদা মহাক্কী থৌজালনা? (মদুমক ওইরবদি) তশেংবমক ঐখোইনা পীখি ইব্রাহীমগী মচা-মশুশিংদা কিতাব অমসুং মহৈ-মশিং, অমসুং ঐখোইনা পীখি মখোইদা অচৌবা নিংথৌ লৈবাক।

أَمْ يَحْسُدُونَ النَّاسَ عَلَىٰ مَا آتَاهُمُ اللَّهُ مِن فَضْلِهِ ۖ فَقَدْ آتَيْنَا آلَ إِبْرَاهِيمَ الْكِتَابَ وَالْحِكْمَةَ وَآتَيْنَاهُم مُّلْكًا عَظِيمًا ﴿٥٤﴾

৫৬। অদুগা মখোইগী মরক্তা (খরনা) থাজখি মহাকপু অমসুং মখোইগী মরক্তা (অতোপ্পা) খরনা মমায় ওথোকখি মঙোন্দগী। অমসুং মতিক ওকপনি (মখোইগীদমক্তা অরাফম ওইবদা) মৈরি থোক্লা চাকপা নরক্কী খাম্বি মৈকোমসি।

فَمِنْهُم مَّنْ آمَنَ بِهِ وَمِنْهُم مَّن صَدَّ عَنْهُ ۚ وَكَفَىٰ بِجَهَنَّمَ سَعِيرًا ﴿٥٥﴾

৫৭। থাজ্রশিংবমক ঐখোইগী পাওজেনশিং য়াদবশিংদো, ঐখোইনা চঙহনবিগনি মখোইবু খাম্বি মৈকোম্নুংদা। মখোইগী উনশা তুম্বা চাকথেকখিবা খুদিংদা, ঐখোইনা শীনবিগনি (অনৌবা) উনশা অদুনা মখোইনা (চেংলৌ নিংকুপ হাংদনা) মহাউ তংজনবা ৱায়েল-চৈরাক। তশেংবমক অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

إِنَّ الَّذِينَ كَفَرُوا بِآيَاتِنَا سَوْفَ نُصْلِيهِمْ نَارًا كُلَّمَا نَضِجَتْ جُلُودُهُم بَدَّلْنَاهُمْ جُلُودًا غَيْرَهَا لِيَذُوقُوا الْعَذَابَ ۗ إِنَّ اللَّهَ كَانَ عَزِيزًا حَكِيمًا ﴿٥٦﴾

৫৮। অদুগা অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা থবকশিং তৌবা মখোইবুদি, ঐখোইনা চঙহনবিগনি মখোইবু স্বর্গ লৈকোম্নুংশিংদা ঃ মখা অদুদা তুরেলশিং

وَالَّذِينَ آمَنُوا وَعَمِلُوا الصَّالِحَاتِ سَنُدْخِلُهُمْ جَنَّاتٍ تَجْرِي مِن تَحْتِهَا الْأَنْهَارُ خَالِدِينَ فِيهَا أَبَدًا ۖ لَّهُمْ

فِيهَآ أَزْوَٰجٌ مُّطَهَّرَةٌ ۖ وَنُدْخِلُهُمْ ظِلًّا ظَلِيلًا ﴿٥٨﴾

ঈচেল্লি, মদুগী মনুংদা (মখোই) লৈরগনি মতম-পুম্বা। মখোইগীদমক্তা, মনুং অদুদা, লৈগনি অশেংবা তাল্লোইশিং অমসুং ঐ খাইনা চঙহনবিগনি মখোইবু (মতম চুপ্পা) নুংঙাইদুনতা লৈরবা মরাংকায়বা উরুম মখাদা।

إِنَّ ٱللَّهَ يَأْمُرُكُمْ أَن تُؤَدُّوا۟ ٱلْأَمَـٰنَـٰتِ إِلَىٰٓ أَهْلِهَا وَإِذَا حَكَمْتُم بَيْنَ ٱلنَّاسِ أَن تَحْكُمُوا۟ بِٱلْعَدْلِ ۚ إِنَّ ٱللَّهَ نِعِمَّا يَعِظُكُم بِهِۦٓ ۗ إِنَّ ٱللَّهَ كَانَ سَمِيعًۢا بَصِيرًا ﴿٥٩﴾

৫৯। তশেংবমক অল্লাহনা য়াথংনবিরি নখোইবু শীন্নো হায়না (আইনগী) জিম্মাদারী শীন্নফম থোকপশিংদা অমসুং নখোইনা ৱায়েলবা মতমদা মীশিংগী মরক্তা ৱায়েল্লু অচুম্বগা লোয়ননা। থাঙ্গেশেংবমক কয়াদা ফজব্রবা অল্লাহনা পাওতাকপিরিবসি নখোইবু! তশেংবমক অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক উবনি।

يَـٰٓأَيُّهَا ٱلَّذِينَ ءَامَنُوٓا۟ أَطِيعُوا۟ ٱللَّهَ وَأَطِيعُوا۟ ٱلرَّسُولَ وَأُو۟لِى ٱلْأَمْرِ مِنكُمْ ۖ فَإِن تَنَـٰزَعْتُمْ فِى شَىْءٍ فَرُدُّوهُ إِلَى ٱللَّهِ وَٱلرَّسُولِ إِن كُنتُمْ تُؤْمِنُونَ بِٱللَّهِ وَٱلْيَوْمِ ٱلْـَٔاخِرِ ۚ ذَٰلِكَ خَيْرٌ وَأَحْسَنُ تَأْوِيلًا ﴿٦٠﴾

৬০। হে অচুম্বা থাজবশিং! য়াথং ইল্লু অল্লাহগী অমসুং য়াথং ইল্লু রসুলগী অমসুং নখোইগী নরক্তা শক্তি পায়রিবশিংগী। অদুগা নখোইনা মত খেন্নরবনি করিগুম্বা অমগী মরমদা, ওনশল্লু অল্লাহদা অমসুং রসুলদা, নখোইনা থাজরবদি অল্লাহবু অমসুং অরোয়বা নুমিৎপু। মসিনা খ্বাইদগী হেন্না ফবনি অমসুং পুংথোই-থোইবনি পোল্লোইনা।

৯ শুবা রুকূ

أَلَمْ تَرَ إِلَى ٱلَّذِينَ يَزْعُمُونَ أَنَّهُمْ ءَامَنُوا۟ بِمَآ أُنزِلَ إِلَيْكَ وَمَآ أُنزِلَ مِن قَبْلِكَ يُرِيدُونَ أَن يَتَحَاكَمُوٓا۟ إِلَى ٱلطَّـٰغُوتِ وَقَدْ أُمِرُوٓا۟ أَن يَكْفُرُوا۟ بِهِۦ وَيُرِيدُ ٱلشَّيْطَـٰنُ أَن يُضِلَّهُمْ ضَلَـٰلًۢا بَعِيدًا ﴿٦١﴾

৬১। নং উদব্রা মখোইদু মখোইনা মতাং তৌশিন্নে মখোই থাজরে হায়জিন্দুনা নংঙোন্দা থোংদোকপিখিবা অদুদা অমসুং (অতৈ কিতাবশিং) থাখিবশিংদা নংগী মমাংদা? মখোইনা ৱায়েল বিচার তৌহন্নীংই শৈতানবু, মখোইবু হুকুম তৌবিব্রবসু মানা হ্নবা ইনগনু হায়না। অদুগা শৈতান্না চিংনিনীংই মখোইবু থমথেংনা লম্বী শেরান্নলা

وَإِذَا قِيلَ لَهُمْ تَعَالَوْا۟ إِلَىٰ مَآ أَنزَلَ ٱللَّهُ وَإِلَى ٱلرَّسُولِ رَأَيْتَ ٱلْمُنَـٰفِقِينَ يَصُدُّونَ عَنكَ صُدُودًا ﴿٦٢﴾

৬২। অদুগা মখোইদা অসি হায়বদা: "নখোই লাকও অল্লাহনা থাবিখিবা অমসুং মহাক্কী রসুলগী মায়কৈদা, "নংনা উগনি ঈমান চেংতংবশিংনা মমায় ওংথোকখিবা নংবু ভুক্কচদুনা

فَكَيْفَ إِذَآ أَصَابَتْهُم مُّصِيبَةٌۢ بِمَا قَدَّمَتْ أَيْدِيهِمْ ثُمَّ جَآءُوكَ يَحْلِفُونَ بِٱللَّهِ إِنْ أَرَدْنَآ إِلَّآ إِحْسَٰنًا وَتَوْفِيقًا ﴿٦٣﴾

৬৩। অদু ওইরবদি মখোই করম তৌগনি লায়বকথীবা অমা থোরকপদা মখোইদা মখোইগী মখুৎশিংনা থাজখিবগী মখোইগী মমাংদা? মতমদুদা মখোই লাক্কনি নংঙোন্দা অল্লাহগী কসম তৌদুনা (হায়রগনি): "ঐখোই করিসু পামদে নত্তনা অফবা নীংবা অমসুং পুকচেন অমতা ওইবা।"

أُو۟لَٰٓئِكَ ٱلَّذِينَ يَعْلَمُ ٱللَّهُ مَا فِى قُلُوبِهِمْ فَأَعْرِضْ عَنْهُمْ وَعِظْهُمْ وَقُل لَّهُمْ فِىٓ أَنفُسِهِمْ قَوْلًۢا بَلِيغًا ﴿٦٤﴾

৬৪। মখোইসি—মখোইগী মথম্মোইনুংগী অরোন-অথুপ্পশিং অল্লাহনা মুন্না খঙই; মরম অদুনা নং ওৎথোক্কনা লৈয়ু মখোইদগী অমসুং ৱারকও মখোইবু অমসুং হায়যু মখোইদা থবক পাংনবগী পাঙ্গল লৈবা ৱা মখোইগী মরমদা।

وَمَآ أَرْسَلْنَا مِن رَّسُولٍ إِلَّا لِيُطَاعَ بِإِذْنِ ٱللَّهِ ۚ وَلَوْ أَنَّهُمْ إِذ ظَّلَمُوٓا۟ أَنفُسَهُمْ جَآءُوكَ فَٱسْتَغْفَرُوا۟ ٱللَّهَ وَٱسْتَغْفَرَ لَهُمُ ٱلرَّسُولُ لَوَجَدُوا۟ ٱللَّهَ تَوَّابًا رَّحِيمًا ﴿٦٥﴾

৬৫। ঐখোইনা থাখিদে রসুল কনামতবু নত্তনা মদুদি মহাকনা য়াথং ইনগদবনি অল্লাহগী। তৌইগুম্বসুং মখোইনা, মশামকপু অরানবা থোঙ-ফম্নহল্লুরবা মতুংদা, লাকলমলবদি নংঙোন্দা অমসুং হায়জরমলবদি অল্লাহনা কোকপিনবগী অমসুং রসুলনসু হায়জবিরমলবদি অল্লাহনা কোকপিনবগী মখোইবু, মখোইনা ফংলমগনি অল্লাহদি য়াম্না চানবিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

فَلَا وَرَبِّكَ لَا يُؤْمِنُونَ حَتَّىٰ يُحَكِّمُوكَ فِيمَا شَجَرَ بَيْنَهُمْ ثُمَّ لَا يَجِدُوا۟ فِىٓ أَنفُسِهِمْ حَرَجًا مِّمَّا قَضَيْتَ وَيُسَلِّمُوا۟ تَسْلِيمًا ﴿٦٦﴾

৬৬। তৌইঙুম্বসুং নংগী মপুনা কসম তৌরি, মখোই (চপচানা) থাজবা ওইদে মখোইনা ওইহন্দরিবা ফাওবা নংবু ৱায়েল্লাকপা মখোইগী মরক্তা য়ানদবা ৱাফমদা, অদুগী তুংদা মখোইগী মথম্মোইনুংশিংদা নীংজিং-মাংজিংনবা করিমতা তৌদবা নংনা ৱা লেপ্পা অদুদা অমসুং ৱায়েৎপা ইলৈ-লৈতনা য়াবা।

وَلَوْ أَنَّا كَتَبْنَا عَلَيْهِمْ أَنِ ٱقْتُلُوٓا۟ أَنفُسَكُمْ أَوِ ٱخْرُجُوا۟ مِن دِيَٰرِكُم مَّا فَعَلُوهُ إِلَّا قَلِيلٌ مِّنْهُمْ ۖ وَلَوْ أَنَّهُمْ فَعَلُوا۟ مَا يُوعَظُونَ بِهِۦ لَكَانَ خَيْرًا لَّهُمْ وَأَشَدَّ

৬৭। অদুগা ঐখোইনা হুকুম তৌবিরমলবদি মখোইবু: "কথোকও নখোইগী নথরাইশিং নত্তগা চখোকও নয়ুমশিংদগী," মখোইনা তৌরমলোই মদু মখোই খরা নত্তনা। অদুগা মখোইনা তৌর-মলবদি মখোইবু তৌ হায়না হায়খিবদু, মখোইগী

শোয়দনমক ওইরমগনি হেন্না ফবা অমসুং হেন্না মপাঙ্গল হাপচনবা ঃ

تَثْبِيتًا ﴿٦٦﴾

৬৮। অমসুং অদু ওইরবদি ঐখোইনা শোয়-দনমক পীরমগনি মখোইবু ঐখোইগী মায়কৈদগী অচৌবা মনা-মথিন.

وَإِذًا لَّآتَيْنَاهُم مِّن لَّدُنَّا أَجْرًا عَظِيمًا ﴿٦٧﴾

৬৯। অমসুং ঐখোইনা শোয়দনমক লমজিং-বিরমগনি মখোইবু অচুম্বা লম্বীদা।

وَلَهَدَيْنَاهُمْ صِرَاطًا مُّسْتَقِيمًا ﴿٦٨﴾

৭০। অদুগা কনাগুম্বনা (চপচানা) য়াথং ইল্লবদি অল্লাহ অমসুং রসূলগী, মখোই লোয়নগনি অল্লাহনা য়াইফরোল পীবিখ্রবা মীওইশিংগা— হায়বদি নবীশিং অমসুং অচুম্বা শকপান্নবশিং অমসুং শহীদশিং অমসুং ধর্ম্ম লৈবশিং ; অমসুং মখোইসি খ্বাইদগী হেন্না ফবা মরূপশিংনি।

وَمَن يُطِعِ اللَّهَ وَالرَّسُولَ فَأُولَٰئِكَ مَعَ الَّذِينَ أَنْعَمَ اللَّهُ عَلَيْهِم مِّنَ النَّبِيِّينَ وَالصِّدِّيقِينَ وَالشُّهَدَاءِ وَالصَّالِحِينَ ۚ وَحَسُنَ أُولَٰئِكَ رَفِيقًا ﴿٦٩﴾

৭১। থৌজাল অসি অল্লাহদগীনি, অমসুং অল্লাহনা ওকলে, (মহাক্তি) পুংখঙ-খঙবনি।

ذَٰلِكَ الْفَضْلُ مِنَ اللَّهِ ۚ وَكَفَىٰ بِاللَّهِ عَلِيمًا ﴿٧٠﴾

১০ শুবা রুকূ

৭২। হে (অচুম্বা) থাজবশিং ! খুকউ শেল্লু, অদুগী তুংদা থোকও কাঙবু খায়দোক্নুনা নত্ত্রগা থোকও পুম্নপ্না।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا خُذُوا حِذْرَكُمْ فَانفِرُوا ثُبَاتٍ أَوِ انفِرُوا جَمِيعًا ﴿٧١﴾

৭৩। অদুগা নখোইগী মরক্তা কনাগুম্বনা লৈথোক্নুনা লৈবসু ময়াওই : মতমদুদা নখোইদা লায়বকথীবা অমা থোরকপদা, মহাকনা হায়ঃ "তশেংবমক অল্লাহনা থৌজালবিখ্রে ঐবু, ঐদি য়াওহৌদ্রে মখোইগা লোয়ননা।"

وَإِنَّ مِنكُمْ لَمَن لَّيُبَطِّئَنَّ فَإِنْ أَصَابَتْكُم مُّصِيبَةٌ قَالَ قَدْ أَنْعَمَ اللَّهُ عَلَيَّ إِذْ لَمْ أَكُن مَّعَهُمْ شَهِيدًا ﴿٧٢﴾

৭৪। অদুগা নখোইদা করিগুম্বা অল্লাহগী থৌজাল লাকলবদি, মহাকনা লাউগনি, মরী ইলৈ-লৈনবগুম নখোই অমসুং মহাক্কী মরক্তাঃ "আঃ ওন্থোকপনিদা ! ঐবু লোয়নজরমলবদি মখোইগা, ঐসু ফংজরমগনি অচৌবা মায় পাকপা।"

وَلَئِنْ أَصَابَكُمْ فَضْلٌ مِّنَ اللَّهِ لَيَقُولَنَّ كَأَن لَّمْ تَكُن بَيْنَكُمْ وَبَيْنَهُ مَوَدَّةٌ يَا لَيْتَنِي كُنتُ مَعَهُمْ فَأَفُوزَ فَوْزًا عَظِيمًا ﴿٧٣﴾

৭৫। মরম অদুনা লান থেংনজসনু অল্লাহগী লম্বীদা অদুগুম্বা মীওইশিংনা মখোইনা য়োন্থোকই (নিনি পানবা) তাইবঙ পুন্সিবু আখেরতকীদমক।

فَلْيُقَاتِلْ فِي سَبِيلِ اللَّهِ الَّذِينَ يَشْرُونَ الْحَيَاةَ الدُّنْيَا

بِالْاٰخِرَةِ ۚ وَمَنْ يُّقَاتِلْ فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ فَيُقْتَلْ اَوْ يَغْلِبْ فَسَوْفَ نُؤْتِيْهِ اَجْرًا عَظِيْمًا ﴿۷۴﴾

অদুগা কনাগুম্বনা লান থেংনবদা অল্লাহগী লম্বীদা হাৎখ্রবদি নত্ত্রগা জয় ওইরবদি, ঐখোইনা পীবিগনি মহাকপু অচৌবা মনা-মথিন।

وَمَا لَكُمْ لَا تُقَاتِلُوْنَ فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ وَالْمُسْتَضْعَفِيْنَ مِنَ الرِّجَالِ وَالنِّسَآءِ وَالْوِلْدَانِ الَّذِيْنَ يَقُوْلُوْنَ رَبَّنَاۤ اَخْرِجْنَا مِنْ هٰذِهِ الْقَرْيَةِ الظَّالِمِ اَهْلُهَا ۚ وَاجْعَلْ لَّنَا مِنْ لَّدُنْكَ وَلِيًّا ۙۚ وَّاجْعَلْ لَّنَا مِنْ لَّدُنْكَ نَصِيْرًا ﴿۷۵﴾

৭৬। অদুগা করি মরমগী নখোই লান শোক্লরোইদৌরিবা অল্লাহগী লম্বীদা অমসুং (কনবিনবগী) অশোনবা নিপাশিং অমসুং নুপীশিং অমসুং অঙাং অপিশকশিং মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইগী মপুও! পুথোকপিয়ু ঐখোইবু শহর অসিদগী, মসিদা লৈরিবা মীশিং মীওৎ-মীনৈবা ঙাকনি, অমসুং পীবিয়ু ঐখোইদা নহাক্কী মায়কৈদগী মরূপ অমা অমসুং পীর্নবিয়ু ঐখোইনা নহাক্কী মায়কৈদগী তেংবাংবিবা অমা।"

اَلَّذِيْنَ اٰمَنُوْا يُقَاتِلُوْنَ فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ ۚ وَالَّذِيْنَ كَفَرُوْا يُقَاتِلُوْنَ فِيْ سَبِيْلِ الطَّاغُوْتِ فَقَاتِلُوْۤا اَوْلِيَآءَ الشَّيْطٰنِ ۚ اِنَّ كَيْدَ الشَّيْطٰنِ كَانَ ضَعِيْفًا ﴿۷۶﴾ ع

৭৭। অচুম্বা থাজবা মীওইশিংনা লান তৌই অল্লাহগী লম্বীদা, অমসুং লমায়ে-খোঙফম্ন-বশিংনা লান তৌই শৈতানগী লম্বীদা। মরম অদুনা নখোই লান থেংনৌ শৈতানগী মরূপশিংগা; তশেংবমক, শৈতানগী লাহ্নোংদি অশোনবনি।

১১ শুবা রুকূ

اَلَمْ تَرَ اِلَى الَّذِيْنَ قِيْلَ لَهُمْ كُفُّوْۤا اَيْدِيَكُمْ وَاَقِيْمُوا الصَّلٰوةَ وَاٰتُوا الزَّكٰوةَ ۚ فَلَمَّا كُتِبَ عَلَيْهِمُ الْقِتَالُ اِذَا فَرِيْقٌ مِّنْهُمْ يَخْشَوْنَ النَّاسَ كَخَشْيَةِ اللّٰهِ اَوْ اَشَدَّ خَشْيَةً ۚ وَقَالُوْا رَبَّنَا لِمَ كَتَبْتَ عَلَيْنَا الْقِتَالَ ۚ لَوْلَاۤ اَخَّرْتَنَاۤ اِلٰۤى اَجَلٍ قَرِيْبٍ ؕ قُلْ مَتَاعُ الدُّنْيَا قَلِيْلٌ ۚ وَالْاٰخِرَةُ خَيْرٌ لِّمَنِ اتَّقٰى ۟ وَلَا تُظْلَمُوْنَ فَتِيْلًا ﴿۷۷﴾

৭৮। নং উদব্রা মখোইদো—মখোইবু (নংনা) হায়বিখিঃ "ফাজল্লু নখুৎশিং অমসুং নমাজ তৌ অমসুং জকাত পীয়ু।" অদুগী তুংদা লান শোক্লনবগী হুকুম মখোইদা পীখিবা মতমদা, (য়েংউ!) মখোইগী মরক্তগী কাঙবু অমনা কিখি মীশিংবু মখোইনা কিগদৌবগুম্না অল্লাহবু নত্ত্রগা খরদুম হেন্না কিখি; অমসুং মখোইনা হায়খিঃ "ঐখোইগী মপুও! করি মরমগী নহাকনা হুকুম তৌবিরিবা ঐখোইবু লান তৌনবগী? নহাকনা পীবিরোইদ্রা ঐখোইবু পোত্থাবা মতম খরা?" হায়যু (মখোইদা)ঃ তাইবঙপানবগী নুংঙাইবসি মতম খরতগীনি তৌইগুম্বসুং আখেরতনা ফবা হেনগনি (অল্লাহদা) ভক্তি লৈবগীদি। অদুগা নখোইবু অরানবা তৌবিরোই শমলাং মফে অমা ফাওবা।

৭৯। করিগুম্বা মফমদা নখোইনা লৈরবসু অশিবনা (নোংমদি) ফারগনি নখোইবু, নখোইনা লৈরবসু চেৎনা শাগ্রবা লানবলশিংদা। অদুগা করিগুম্বা অফবা অমা থোরকপদা মখোইদা, মখোইনা হায়ঃ "মসি অল্লাহদগীনি;" তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা ফত্তবা অমা থোকলবদি মখোইদা, মখোইনা হায়ঃ "মসি নহাকথংদগীনি।" হায়যু: "(অফ-ফত্তবা) পুম্নমক অল্লাহদগীনি। মখোইসি করি তৌরবনো মদুদি মখোই হোৎনদ্রে খঙনবা করিগুম্বা অমতা?

أَيْنَ مَا تَكُونُوا يُدْرِكْكُمُ الْمَوْتُ وَلَوْ كُنتُمْ فِي بُرُوجٍ مُّشَيَّدَةٍ ۗ وَإِن تُصِبْهُمْ حَسَنَةٌ يَقُولُوا هَٰذِهِ مِنْ عِندِ اللَّهِ ۖ وَإِن تُصِبْهُمْ سَيِّئَةٌ يَقُولُوا هَٰذِهِ مِنْ عِندِكَ ۚ قُلْ كُلٌّ مِّنْ عِندِ اللَّهِ ۖ فَمَالِ هَٰؤُلَاءِ الْقَوْمِ لَا يَكَادُونَ يَفْقَهُونَ حَدِيثًا ﴿٧٩﴾

৮০। নংঙোন্দা অফবা থোরকপমখে অল্লাহদগীনি, অমসুং নংঙোন্দা ফত্তবা থোরকপমখেনা নশাদগীনি। অদুগা ঐখোইনা থাখি নংবু পাওপুবা অমা ওইনা মীওইবা জাতি পুম্নমক্তা। অদুগা অল্লাহনা ওকলে সাক্ষী অমা ওইবদা।

مَّا أَصَابَكَ مِنْ حَسَنَةٍ فَمِنَ اللَّهِ ۖ وَمَا أَصَابَكَ مِن سَيِّئَةٍ فَمِن نَّفْسِكَ ۚ وَأَرْسَلْنَاكَ لِلنَّاسِ رَسُولًا ۚ وَكَفَىٰ بِاللَّهِ شَهِيدًا ﴿٨٠﴾

৮১। কনাগুম্বনা হায়বা ইল্লবদি রসুলগী, মহাক তশেংনমক হায়বা ইনবনি অল্লাহগী; অমসুং কনাগুম্বনা মমায় ওথোকলবদি, ঐখোইনা থাখিদে নংবু ঙাকশেন্নবগী মখোইবু।

مَّن يُطِعِ الرَّسُولَ فَقَدْ أَطَاعَ اللَّهَ ۖ وَمَن تَوَلَّىٰ فَمَا أَرْسَلْنَاكَ عَلَيْهِمْ حَفِيظًا ﴿٨١﴾

৮২। অদুগা মখোইনা হায়ঃ "(ঐখোইগী নীতিদি) হায়বা ইনবনি," তৌইগুম্বসুং মখোইনা থোকখিবদা নংগী নমাংদগী, মখোইগী খুৎপু অমনা অহিংদা মিৎশেং খাংদুনা রা তাগ্রে নংনা ঙাও-শকখিবগী মায়োক্তা। অল্লাহনা ইশিন্দুনা থমলি মখোইনা থৌরাংখিবদু অহিংদা। মরম অদুনা নমায় ওথোকও মখোইদগী অমসুং আশা তৌ অল্লাহদা। অদুগা অল্লাহনা ওকলে ঙাকপিশেনবিবা অমা ওইবদা।

وَيَقُولُونَ طَاعَةٌ فَإِذَا بَرَزُوا مِنْ عِندِكَ بَيَّتَ طَائِفَةٌ مِّنْهُمْ غَيْرَ الَّذِي تَقُولُ ۖ وَاللَّهُ يَكْتُبُ مَا يُبَيِّتُونَ ۖ فَأَعْرِضْ عَنْهُمْ وَتَوَكَّلْ عَلَى اللَّهِ ۚ وَكَفَىٰ بِاللَّهِ وَكِيلًا ﴿٨٢﴾

৮৩। মখোইবু রাখল ইতৌ-তৌররোই হায়ব্রা অল-কুরআন্দা? অদুগা মসি অল্লাহ নত্তবা অতোপ্পদগী ওইরমলবদি, মখোইনা ফংলমগনি মসিগী মনুংদা চানদবা কয়া।

أَفَلَا يَتَدَبَّرُونَ الْقُرْآنَ ۚ وَلَوْ كَانَ مِنْ عِندِ غَيْرِ اللَّهِ لَوَجَدُوا فِيهِ اخْتِلَافًا كَثِيرًا ﴿٨٣﴾

وَإِذَا جَاءَهُمْ أَمْرٌ مِّنَ الْأَمْنِ أَوِ الْخَوْفِ أَذَاعُوا بِهِ ۖ وَلَوْ رَدُّوهُ إِلَى الرَّسُولِ وَإِلَىٰ أُولِي الْأَمْرِ مِنْهُمْ لَعَلِمَهُ الَّذِينَ يَسْتَنبِطُونَهُ مِنْهُمْ ۗ وَلَوْلَا فَضْلُ اللَّهِ عَلَيْكُمْ وَرَحْمَتُهُ لَاتَّبَعْتُمُ الشَّيْطَانَ إِلَّا قَلِيلًا ﴿٨٣﴾

৮৪। অদুগা করিগুম্বা পাও শান্তিগী নত্তগা অকিবগী লাকপদা মখোইদা, মখোইনা (খুদক্তা) শন্দোকই মদু। তৌইগুম্বসুং মখোইনা (তুমিন্না) খঙহল্লমলবদি মদু রসুলদা নত্তগা মখোইগী মরক্তা শক্তি পায়বশিংদা, শোয়দনমক মখোইগী মরক্তা মিৎকুপ নাহুম শিংনা লৈবশিংনা (অচুম্বা) খঙলমগনি মদু। অদুম ওইনমক, অল্লাহনা থৌজালবিরমদ্রবা অমসুং ঙাকপিরমদ্রবদি নখোইবু, নখোই মতুং ইল্লমগনি শৈতানগী, (নখোই) খরা নত্তনা।

فَقَاتِلْ فِي سَبِيلِ اللَّهِ لَا تُكَلَّفُ إِلَّا نَفْسَكَ ۚ وَحَرِّضِ الْمُؤْمِنِينَ ۖ عَسَى اللَّهُ أَن يَكُفَّ بَأْسَ الَّذِينَ كَفَرُوا ۚ وَاللَّهُ أَشَدُّ بَأْسًا وَأَشَدُّ تَنكِيلًا ﴿٨٤﴾

৮৫। মরম অদুনা লান তৌ অল্লাহগী লম্বীদা ; নং দায় পুফম থোক্তে মশামক্কী নত্তনা অমসুং তকশল্লু অচুম্বা থাজবশিংদা (লান তৌনবা)। অল্লাহনা বন্দ তৌশিনবিখিবসু য়াই লময়ৈ-খোঙফম্নবশিংগী মপাঙ্গল। অদুগা অল্লাহদি (নখোইদগী) হেন্না পাঙ্গলবনি অমসুং হেন্না অকনবনি চৈরাক দণ্ডি পীবদসু।

مَّن يَشْفَعْ شَفَاعَةً حَسَنَةً يَكُن لَّهُ نَصِيبٌ مِّنْهَا ۖ وَمَن يَشْفَعْ شَفَاعَةً سَيِّئَةً يَكُن لَّهُ كِفْلٌ مِّنْهَا ۗ وَكَانَ اللَّهُ عَلَىٰ كُلِّ شَيْءٍ مُّقِيتًا ﴿٨٥﴾

৮৬। কনাগুম্বনা হায়বিরবদি অফবা অমা (অতোপ্পা অমগীদমক) ফংগনি শরুক মদুগী অমসুং কনাগুম্বনা হায়বিরবদি ফত্তবা মরমদা (শৌগত্তুনা) ফংগনি মান্নবা শরুক মদুগী। অদুগা অল্লাহদি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

وَإِذَا حُيِّيتُم بِتَحِيَّةٍ فَحَيُّوا بِأَحْسَنَ مِنْهَا أَوْ رُدُّوهَا ۗ إِنَّ اللَّهَ كَانَ عَلَىٰ كُلِّ شَيْءٍ حَسِيبًا ﴿٨٦﴾

৮৭। অদুগা কনাগুম্বনা তরাম-তরামনা সলাম তৌরবদি নখোইবু, ওকউ সলাম খরা হেন্না ফজবা মওংদা নত্তগা (রাহৈ) মান্ননা হল্লু। তশেংবমক অল্লাহনা লৌবি হিসাব পোৎ পুম্নমক্কী।

اللَّهُ لَا إِلَٰهَ إِلَّا هُوَ ۚ لَيَجْمَعَنَّكُمْ إِلَىٰ يَوْمِ الْقِيَامَةِ لَا رَيْبَ فِيهِ ۗ وَمَنْ أَصْدَقُ مِنَ اللَّهِ حَدِيثًا ﴿٨٧﴾

৮৮। অল্লাহ মহাকনি, চীঙু লাই কনা অমতা লৈতে মহাক নত্তনা। মহাকনা শোয়দনমক খোমজিনবিগনি নখোইবু কিয়ামত নুমিত্তা, মদুগী মরমদা করিসু চিংনিনিঙঙাই লৈতে। অদুগা কনানো অল্লাহদগী হেন্না অচুম্বা রা ঙাঙবা ?

১২ শুবা রুকূ

فَمَا لَكُمْ فِي الْمُنٰفِقِيْنَ فِئَتَيْنِ وَاللّٰهُ اَرْكَسَهُمْ بِمَا كَسَبُوْا ؕ اَتُرِيْدُوْنَ اَنْ تَهْدُوْا مَنْ اَضَلَّ اللّٰهُ ؕ وَمَنْ يُّضْلِلِ اللّٰهُ فَلَنْ تَجِدَ لَهٗ سَبِيْلًا ﴿٨٩﴾

৮৯। করি মতৌনো নখোইনা খুৎপু অনি থোক্না খায়দোক্লরিবা অসিবু ঈমান চেংজংবশিংগী মশুংলানগী, অল্লাহনা হনজিনহনবিখ্রবদা মখোইবু (অচুম্বা থাজদবদা) মখোইগী তৌজ মতিক-মলগী? করি! নখোইনা লমজিংনীংব্রা অল্লাহনা লম্মুক্লহনবিখ্রবা মহাকপু? অদুগা কনাগুম্ববু অল্লাহনা লম্মুক্লহনবিখ্রবদা নংনা ফংলরোই লম্বী অমা মহাক্কীদমক।

وَدُّوْا لَوْ تَكْفُرُوْنَ كَمَا كَفَرُوْا فَتَكُوْنُوْنَ سَوَآءً فَلَا تَتَّخِذُوْا مِنْهُمْ اَوْلِيَآءَ حَتّٰى يُهَاجِرُوْا فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ ؕ فَاِنْ تَوَلَّوْا فَخُذُوْهُمْ وَاقْتُلُوْهُمْ حَيْثُ وَجَدْتُّمُوْهُمْ ۪ وَلَا تَتَّخِذُوْا مِنْهُمْ وَلِيًّا وَّلَا نَصِيْرًا ﴿٩٠﴾

৯০। মখোইনা পাম্মি নখোইবু লমকৈ-খোঙফম্নহনবা মখোইনা লমকৈ-খোঙফম্দ-বগুম্না. অদুনা নখোই ওইরক্লবা ইমান-মান্নবা (মখোইগা)। মরম অদুনা মরূপ শেমগনু মখোইগী মরক্তগী মখোইনা থাদোক্তরিবা ফাওবা (ময়ুম-মকৈশিং) অল্লাহগী লম্বীদা। তৌইগুম্বসুং মখোইনা মায় ওথোকলবদি, মতমদুদা ফারো মখোইবু অমসুং হাৎলু মখোইবু নখোইনা ফংব-ফংবদা মখোইবু: অমসুং লৌগনু মখোই কনামতবু মরূপ নত্রগা তেংবাংবা ওইনা,—

اِلَّا الَّذِيْنَ يَصِلُوْنَ اِلٰى قَوْمٍۭ بَيْنَكُمْ وَبَيْنَهُمْ مِّيْثَاقٌ اَوْ جَآءُوْكُمْ حَصِرَتْ صُدُوْرُهُمْ اَنْ يُّقَاتِلُوْكُمْ اَوْ يُقَاتِلُوْا قَوْمَهُمْ ؕ وَلَوْ شَآءَ اللّٰهُ لَسَلَّطَهُمْ عَلَيْكُمْ فَلَقٰتَلُوْكُمْ ۚ فَاِنِ اعْتَزَلُوْكُمْ فَلَمْ يُقَاتِلُوْكُمْ وَاَلْقَوْا اِلَيْكُمُ السَّلَمَ ۙ فَمَا جَعَلَ اللّٰهُ لَكُمْ عَلَيْهِمْ سَبِيْلًا ﴿٩١﴾

৯১। নত্তনা মখোই (পোরেপফম খঙদব) শিংদো মখোইনা তিন্নে (অতোপ্পা) মীশিংগা মখোই অমসুং নখোইগী মরক্তা লৈ করার তৌনবা অমা, নত্রগা নখোইদা লাকপশিংদো, মখোইগী মথম্মো-ইনুংশিংদা হন্দোকনীংই লড়াই তৌনগদৌবদগী নখোইগা নত্রগা লড়াই তৌননীংদে মখোইগী মীশিংগা। অদুগা অল্লাহনা করিগুম্বা অপাম্বা লৈরমলবদি, মহাকনা পীরমগনি মপাঙ্গল হেন্না নখোইগী নথক্তা, অদুগী মতমদা মখোইনা থেংনরমগনি নখোইগা। মরম অদুনা মখোইনা হন্দোকলবদি নখোইদগী অমসুং লড়াই তৌন-দ্রবদি নখোইগা, অমসুং র্রা হৌরকলবদি নখোইগা শান্তি থম্নবগী, মওং মতাদুদা অল্লাহনা পীদে নখোইদা লম্বী অমতা (লান তৌনবগী) মখোইগী মথক্তা।

৯২। নখোইনা ফংগনি অতোপ্পা অতৈসু মখোইনা পামই খুদোংথীবা লৈতবা নখোইদগী অমসুং খুদোংথীবা লৈতবা মখোইগী মীশিংদগী। হেক মতম অমদা কৌবদা মখোইবু খৎন-চৈনবদা মখোই করোংচাক য়ুংনা লুপশিল্লি মদুদা। মরম অদুনা মখোইনা হন্দোক্কবদি নখোইদগী নত্রগা রা হৈদ্রবদি নখোইদা শান্তি থম্নবগী অমসুং মখুৎশিং খামজিন্দ্রবদি, মওং মতাদুদা ফারো মখোইবু অমসুং হাৎলু মখোইবু নখোইনা ফংব-ফংবদা মখোইবু। অদুগা মখোই অসিগী মায়োক্তা ঐখোইনা পীখ্রবনি নখোইদা তশেং-তশেংবা অধিকার (লড়াই তৌনবগী)।

سَتَجِدُوْنَ اٰخَرِيْنَ يُرِيْدُوْنَ اَنْ يَّاْمَنُوْكُمْ وَيَاْمَنُوْا قَوْمَهُمْ ۭ كُلَّمَا رُدُّوْٓا اِلَى الْفِتْنَةِ اُرْكِسُوْا فِيْهَا ۚ فَاِنْ لَّمْ يَعْتَزِلُوْكُمْ وَيُلْقُوْٓا اِلَيْكُمُ السَّلَمَ وَيَكُفُّوْٓا اَيْدِيَهُمْ فَخُذُوْهُمْ وَاقْتُلُوْهُمْ حَيْثُ ثَقِفْتُمُوْهُمْ ۭ وَاُولٰۗىِٕكُمْ جَعَلْنَا لَكُمْ عَلَيْهِمْ سُلْطٰنًا مُّبِيْنًا ۝۹۱

১৩ শুবা রুকূ

৯৩। অদুগা ঈমান্দার অমনা হাৎলোই ঈমান্দার অমবু শোয়খিবা নত্তনা। অদুবু কনাগুম্বনা শোয়খিদুনা হাৎলুরবদি ঈমানরালা অমা মনীং তমহনগদবনি ঈমানরালা মীনাই অমা অমসুং ঈমল পীগদবনি (শিখ্রবদুগী) ভানকপা মীশিংদা, মখোইনা কোকপিদ্রবদি মদু দানগুম্মা। তৌইগুম্বসুং (হাৎখ্রবা) মহাকদু ওইরবদি নখোইগী য়েক্কবা মীশিংদগী অমসুং ঈমানরালাসু ওইরবা, অদু ওইরবদি ঈমানরালা মীনাই অমা মনীং তমহনগদবনি। অদুগা (হাৎখ্রবা) মহাকদু ওইরবদি নখোইগা করার তৌনখিবা মীশিংদগী, ঈমল পীগদবনি মহাক্কী অনকপা মরী থোকপ-শিংদা অমসুং ঈমানরালা মীনাই অমসু মনীং তমহনগদবনি। তৌইগুম্বসুং (মী হাৎপা) মহাকনা ফংদ্রবদি (মীনাইদু), রোজহ তৌগদবনি থাবুম অনি থংননা—মসি প্রায়শ্চিত্তনি অল্লাহদগী। অদুগা অল্লাহদি পুংখঙ-খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَمَا كَانَ لِمُؤْمِنٍ اَنْ يَّقْتُلَ مُؤْمِنًا اِلَّا خَطَــــًٔا ۚ وَمَنْ قَتَلَ مُؤْمِنًا خَطَــــًٔا فَتَحْرِيْرُ رَقَبَةٍ مُّؤْمِنَةٍ وَّدِيَةٌ مُّسَلَّمَةٌ اِلٰٓى اَھْلِهٖٓ اِلَّآ اَنْ يَّصَّدَّقُوْا ۭ فَاِنْ كَانَ مِنْ قَوْمٍ عَدُوٍّ لَّكُمْ وَھُوَ مُؤْمِنٌ فَتَحْرِيْرُ رَقَبَةٍ مُّؤْمِنَةٍ ۭ وَاِنْ كَانَ مِنْ قَوْمٍۢ بَيْنَكُمْ وَبَيْنَھُمْ مِّيْثَاقٌ فَدِيَةٌ مُّسَلَّمَةٌ اِلٰٓى اَھْلِهٖ وَتَحْرِيْرُ رَقَبَةٍ مُّؤْمِنَةٍ ۚ فَمَنْ لَّمْ يَجِدْ فَصِيَامُ شَهْرَيْنِ مُتَتَابِعَيْنِ ۡ تَوْبَةً مِّنَ اللّٰهِ ۭ وَكَانَ اللّٰهُ عَلِــيْمًا حَكِـيْمًا ۝۹۲

৯৪। অদুগা কনাগুম্বা (নন-মুসলিম) না হাৎলবদি ঈমানরালা অমা অনীংবগা লোয়ননা,

وَمَنْ يَّقْتُلْ مُؤْمِنًا مُّتَعَمِّدًا فَجَزَاۗؤُهٗ جَهَنَّمُ خٰلِدًا

فِيهَا وَغَضِبَ اللَّهُ عَلَيْهِ وَلَعَنَهُ وَأَعَدَّ لَهُ عَذَابًا عَظِيمًا ۝٩٣

মহাক্কী রায়েল-চৈরাকদি নরকনি, মদুগী মনুংদা মহাক লৈরগনি ; অমসুং অল্লাহনা শাউবি মহাকপু অমসুং সিরাপ তৌবি মহাকপু, অমসুং তৈয়ার তৌবিখ্রে মহাক্কীদমক অচৌবা রায়েল-চৈরাক।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا إِذَا ضَرَبْتُمْ فِي سَبِيلِ اللَّهِ فَتَبَيَّنُوا وَلَا تَقُولُوا لِمَنْ أَلْقَىٰ إِلَيْكُمُ السَّلَامَ لَسْتَ مُؤْمِنًا تَبْتَغُونَ عَرَضَ الْحَيَاةِ الدُّنْيَا فَعِندَ اللَّهِ مَغَانِمُ كَثِيرَةٌ ۚ كَذَٰلِكَ كُنتُم مِّن قَبْلُ فَمَنَّ اللَّهُ عَلَيْكُمْ فَتَبَيَّنُوا ۚ إِنَّ اللَّهَ كَانَ بِمَا تَعْمَلُونَ خَبِيرًا ۝٩٤

৯৫। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোইনা (লান তৌবা) থোকপদা অল্লাহগী লম্বীদা, মনুং হনজিন্না থিয়ু অমসুং ২.য়গনু কনাগুম্বা অমদা মহাকনা 'সলাম' তৌরবদি নখোইদা, "নং ঈমানরালা নত্তে।" নখোইনা থি অফবা তাইবঙ পুন্সি খোঙফমদা, তৌইগুম্বসুং অল্লাহগী মনাক্তা লৈ অফবা মরাংকায়না। নখোইসু অসিগুম্বা (অচুম্বা থাজদবা) ওইরম্বনি অসিগী মমাংদা, মতমদুদা অল্লাহনা পীবিখি থৌজাল অমা নখোইগী নথক্তা ; মরমদুনা মনুং হনজিন্না থিয়ু। তশেংবমক, অল্লাহদি (মতম-পুম্বদা) খবররালানি নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

لَّا يَسْتَوِي الْقَاعِدُونَ مِنَ الْمُؤْمِنِينَ غَيْرُ أُولِي الضَّرَرِ وَالْمُجَاهِدُونَ فِي سَبِيلِ اللَّهِ بِأَمْوَالِهِمْ وَأَنفُسِهِمْ ۚ فَضَّلَ اللَّهُ الْمُجَاهِدِينَ بِأَمْوَالِهِمْ وَأَنفُسِهِمْ عَلَى الْقَاعِدِينَ دَرَجَةً ۚ وَكُلًّا وَعَدَ اللَّهُ الْحُسْنَىٰ ۚ وَفَضَّلَ اللَّهُ الْمُجَاهِدِينَ عَلَى الْقَاعِدِينَ أَجْرًا عَظِيمًا ۝٩٥

৯৬। অচুম্বা থাজবশিংগী মরক্তগী ফমদুনা লৈবশিং (ময়ুম-ময়ুমদা), অশোক-অপনবনা ঙমহন্দবা নত্তনা, অমসুং অল্লাহগী লম্বীদা কন্না হোৎনবশিংগা মরন-মথুম অমসুং মথৱাইশিংগা লোয়ননা মান্নবা য়াদে। অল্লাহনা (থাক) রাংহনবিখ্রে হোৎনবা কনবশিংবু মরন-মথুম অমসুং মথৱাইশিংগা লোয়ননা (ময়ুম-ময়ুমদা) ফমদুনা লৈবশিংগী মথক্তা। অদুগা (ঈমান্দার) খুদিংমক্তা অল্লাহনা রাশকপিখ্রে অফবা পীবিগনি হায়না : অমসুং অল্লাহনা (থাক) রাংহনবিখ্রে হোৎনবা কনবশিংবু ফমদুনা লৈবশিংগী মথক্তা, অচৌবা মনা-মথিন পীবিদুনা—

دَرَجَاتٍ مِّنْهُ وَمَغْفِرَةً وَرَحْمَةً ۚ وَكَانَ اللَّهُ غَفُورًا رَّحِيمًا ۝٩٦ ع ١٣

৯৭। (অরাংবা) থাক পীবিদুনা মহাক্কী মায়কৈদগী, অমসুং (মপাপশিং) কোকপিদুনা অমসুং (মরালশিং) ঙাকপিদুনা। অদুগা অল্লাহদি (মতম-পুম্বদা) য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশি-হৈবনি।

১৪ শুবা রুকূ

৯৮। থাঙ্গৈমকশেংনা, অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইবু ফরিশতহশিংনা শিহনবিরগা মখোইনা মথৱাইশিংবু অরানবা লম্বীনহন্দুনা লৈরিঙৈদা ৱা হংবিগনিঃ "করি ফিরেপ মতা ওইরম্মী নখোইগী?" মখোইনা পাওখুমগনিঃ "ঐখোই ওইরম্মী অশোনবা ঐখোইগী ইরমদমদা (ফোংনা ইসলাম য়াবদা)।" ফরিশতহশিংনা হায়গনিঃ "করি ! অল্লাহগী পৃথিবীসি মতিকচানা পাক চাওরমদব্রা নখোইগী য়ুমহোং-কৈহোং তৌনবগী মদুগী মনুংদা (ফত্তবশিংগী মরক্তগী)?" মরম অদুনা মখোইসিগী লৈফমদি যম লৈবাকনি, অমসুং মদু ফত্তবা লমথুংফমনি।

إِنَّ الَّذِينَ تَوَفَّاهُمُ الْمَلَائِكَةُ ظَالِمِي أَنْفُسِهِمْ قَالُوا فِيمَ كُنْتُمْ ۖ قَالُوا كُنَّا مُسْتَضْعَفِينَ فِي الْأَرْضِ ۚ قَالُوا أَلَمْ تَكُنْ أَرْضُ اللَّهِ وَاسِعَةً فَتُهَاجِرُوا فِيهَا ۚ فَأُولَٰئِكَ مَأْوَاهُمْ جَهَنَّمُ ۖ وَسَاءَتْ مَصِيرًا

৯৯। (মখোইসি) নত্তবা অশোনবশিং নিপারক্তগী অমসুং নুপীরক্তগী অমসুং অঙাং-রক্তগী—মখোই লৈজদে উপায় করিসু নত্তগা ঙমদে ফংবা লম্বী অমতা (নাম্থোকনবগী),

إِلَّا الْمُسْتَضْعَفِينَ مِنَ الرِّجَالِ وَالنِّسَاءِ وَالْوِلْدَانِ لَا يَسْتَطِيعُونَ حِيلَةً وَلَا يَهْتَدُونَ سَبِيلًا

১০০। মখোইসিবুদি অল্লাহনা ঙাকপিবা য়াই; অমসুং অল্লাহদি কনাবিহৈবনি, য়োনজ-কোকপিহৈবনি।

فَأُولَٰئِكَ عَسَى اللَّهُ أَنْ يَعْفُوَ عَنْهُمْ ۚ وَكَانَ اللَّهُ عَفُوًّا غَفُورًا

১০১। অদুগা কনাগুম্বনা য়ুমহোং-কৈহোংলবদি অল্লাহগীদমক্তা, মহাকনা ফংগনি মালেম লৈকোয়বুংদা চঙজফম য়াম্না অমসুং মরাং কায়বা উপায়শিং। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা ময়ুম-মকৈ (থাদোক্লুনা) থোকলবা অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলগী মায়কৈদা, মতাং অদুদা মহাক শিবা থোকলবদি (লম্বীদা), মহাক্কী মনা-মথিন্দি তশেংনমক লৈখ্রে অল্লাহগী জিম্মাদা। অদুগা অল্লাহদি (মতম-পুম্বদা) য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَمَنْ يُهَاجِرْ فِي سَبِيلِ اللَّهِ يَجِدْ فِي الْأَرْضِ مُرَاغَمًا كَثِيرًا وَسَعَةً ۚ وَمَنْ يَخْرُجْ مِنْ بَيْتِهِ مُهَاجِرًا إِلَى اللَّهِ وَرَسُولِهِ ثُمَّ يُدْرِكْهُ الْمَوْتُ فَقَدْ وَقَعَ أَجْرُهُ عَلَى اللَّهِ ۗ وَكَانَ اللَّهُ غَفُورًا رَحِيمًا

১৫ শুবা রুকূ

১০২। অদুগা নখোইনা লংফৈ চৎপদা মালেম থক্তা, নমাজ তেনশিন্না তৌবদা গুনাহ করিসু

وَإِذَا ضَرَبْتُمْ فِي الْأَرْضِ فَلَيْسَ عَلَيْكُمْ جُنَاحٌ أَنْ

تَقْصُرُوا مِنَ الصَّلٰوةِ ۖ إِنْ خِفْتُمْ أَنْ يَفْتِنَكُمُ الَّذِينَ كَفَرُوا ۚ إِنَّ الْكٰفِرِينَ كَانُوا لَكُمْ عَدُوًّا مُّبِينًا ۝١٠١

ওইদে, নখোইনা তুজুং-মিপাইরবদি (অচুম্বা) থাজদবশিংনা নখোইবু খুদোং চাহন্দবা য়াই হায়না। তশেংবমক অচুম্বা থাজদবশিংদি অফোংবা য়েক্লবনি নখোইদা।

وَإِذَا كُنْتَ فِيهِمْ فَأَقَمْتَ لَهُمُ الصَّلٰوةَ فَلْتَقُمْ طَآئِفَةٌ مِّنْهُمْ مَّعَكَ وَلْيَأْخُذُوٓا أَسْلِحَتَهُمْ ۖ فَإِذَا سَجَدُوا فَلْيَكُونُوا مِنْ وَّرَآئِكُمْ وَلْتَأْتِ طَآئِفَةٌ أُخْرٰى لَمْ يُصَلُّوا فَلْيُصَلُّوا مَعَكَ وَلْيَأْخُذُوا حِذْرَهُمْ وَأَسْلِحَتَهُمْ ۚ وَدَّ الَّذِينَ كَفَرُوا لَوْ تَغْفُلُونَ عَنْ أَسْلِحَتِكُمْ وَأَمْتِعَتِكُمْ فَيَمِيلُونَ عَلَيْكُمْ مَّيْلَةً وَّاحِدَةً ۚ وَلَا جُنَاحَ عَلَيْكُمْ إِنْ كَانَ بِكُمْ أَذًى مِّنْ مَّطَرٍ أَوْ كُنْتُمْ مَّرْضٰٓى أَنْ تَضَعُوٓا أَسْلِحَتَكُمْ ۖ وَخُذُوا حِذْرَكُمْ ۗ إِنَّ اللّٰهَ أَعَدَّ لِلْكٰفِرِينَ عَذَابًا مُّهِينًا ۝١٠٢

১০৩। অদুগা নংনা লৈবা মতমদা মখোইগী মরক্তা (লানবুংদা) অমসুং লুচিংদুনা নমাজ লেপ্পদা মখোইগীদমক, মখোই কাঙবু অমা (খায়দোকলগা) লেপমিন্নৌ নংগা লোয়নননা অমসুং (মশা-মশাগী) খুচু খুৎলাইসু অদুম লোয়নহল্লু। অদুগা মখোইনা (১০নবা রক'অতকী) সজদহ তৌরবা মতুংদা (নমাজদগী হন্দোক্তুনা) লৈহল্লু তুংদা (গায়োক্লদুনা য়েক্লবশিংগা অমসুং ২ শুবা রক'অতদি নাইতোম তোঙান্না শোলহল্লু), অমসুং অতোপ্পা কাঙবু নমাজ তৌখিদরিবদু চঙশিন-হল্লগা নমাজ তৌমিন্নৌ নংগা লোয়নননা; অমসুং মখোই মশা মশা ঙাক্লবা পোৎলোই অমসুং খুচু খুৎলাই লোয়নহল্লু। অচুম্বা থাজদবশিংনা কন্না নীংই নখোইনা [illegible] নখোইগী খুচু-খুৎলাই অমসুং নখোইগী পোৎয়োম (নমাজ তৌরিঙৈদা) মখোইনা লাকশিন্নবা নখোইবু খংলাক খংজিং ওইনা। অদুগা নখোইদা পাপ করিসু লৈতে, নোং চুবগী মরম্না নত্রগা অনাবনা (খুদোং চাদদুনা), নখোইনা থাদোকলবদি খুৎলাই; তৌইগুম্বসুং মশা ঙাক্লবা মিকুপ-নাহুম শিংঙু। তশেংবমক অল্লাহনা তৈয়ার তৌখিগ্রে অচোপ্পা রায়েল-চৈরাক লমফৈ-খোঙফম্দ-বশিংগী দমক্তা।

فَإِذَا قَضَيْتُمُ الصَّلٰوةَ فَاذْكُرُوا اللّٰهَ قِيٰمًا وَّقُعُودًا وَّعَلٰى جُنُوبِكُمْ ۚ فَإِذَا اطْمَأْنَنْتُمْ فَأَقِيمُوا الصَّلٰوةَ ۚ إِنَّ الصَّلٰوةَ كَانَتْ عَلَى الْمُؤْمِنِينَ كِتٰبًا مَّوْقُوتًا ۝١٠٣

১০৪। মরম অদুনা নখোইনা নমাজ লোয়রবা মতুংদা নীংশিংঙু অল্লাহবু ঃ লেপলে লেপ্পা অমসুং ফমলে ফম্না অমসুং চেপলে চেপ্পা। অদগা নখোইনা খুদোংথীবা লৈতরবা মতমদা নমাজ (হৌনবী-নিয়ম নাইনা) তৌ। তশেংবমক হুকুম তৌবিখ্রে থাজবশিংগী মথক্তা নমাজ তৌনবগী অরেপ্পা মতমদা।

وَلَا تَهِنُوا فِي ابْتِغَاءِ الْقَوْمِ ۖ إِن تَكُونُوا تَأْلَمُونَ فَإِنَّهُمْ يَأْلَمُونَ كَمَا تَأْلَمُونَ ۖ وَتَرْجُونَ مِنَ اللَّهِ مَا لَا يَرْجُونَ ۗ وَكَانَ اللَّهُ عَلِيمًا حَكِيمًا

১০৫। অদুগা নপুকনিং করিমতা শোন্থগনু (য়েক্লবা কাঙলুপকী) মীশিং ফংগে হায়না হোৎনবদা। নখোইনা ফংলবদি অৱাবা, মখোইসু রাবনি নখোইনা ৱাবগুম্না ; তৌইগুম্বসুং নখোইনা আশা তৌই অল্লাহদগী মদু মখোইনা আশা তৌদে। অদুগা অল্লাহদি পুংখঙ-খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

১৬ শুবা রুকূ

إِنَّا أَنزَلْنَا إِلَيْكَ الْكِتَابَ بِالْحَقِّ لِتَحْكُمَ بَيْنَ النَّاسِ بِمَا أَرَاكَ اللَّهُ ۚ وَلَا تَكُن لِّلْخَائِنِينَ خَصِيمًا

১০৬। তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখি কিতাবসি নংঙোন্দা অচুম্বগা লোয়ননা অদুনা নংনা (ইচা মীচা য়োংলৈ-মেলৈ নাইবগী থবক তৌদনা) ৱায়েল বিচার তৌনবা মীশিংগী মরক্তা অল্লাহনা (অচুম-অরান য়েংনবগী লম্বী) উহনখিবগী মতুংইন্না নংঙোন্দা। অদুগা নং ৱায়েৎপা ওইগনু পুকচেন তিংদবশিংগীদমক।

وَاسْتَغْفِرِ اللَّهَ ۖ إِنَّ اللَّهَ كَانَ غَفُورًا رَّحِيمًا

১০৭। অদুগা হায়জ-চৎচা তৌজৌ অল্লাহদা (নপাপ) কোকপিনবগী। তশেংবমক, অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَلَا تُجَادِلْ عَنِ الَّذِينَ يَخْتَانُونَ أَنفُسَهُمْ ۚ إِنَّ اللَّهَ لَا يُحِبُّ مَن كَانَ خَوَّانًا أَثِيمًا

১০৮। অদুগা কনখৎপা ৱা ঙাঙগনু মশাবু নমথাক তৌবশিংগী (ৱা শোঁগত্নুনা)। থাঙ্গে শেংবমক অল্লাহনা নুংশিবিদে নমথাক তৌবা পাপীবু

يَسْتَخْفُونَ مِنَ النَّاسِ وَلَا يَسْتَخْفُونَ مِنَ اللَّهِ وَهُوَ مَعَهُمْ إِذْ يُبَيِّتُونَ مَا لَا يَرْضَىٰ مِنَ الْقَوْلِ ۚ وَكَانَ اللَّهُ بِمَا يَعْمَلُونَ مُحِيطًا

১০৯। (ঈমান চেংজংবশিং) মখোইনা লোৎশিল্লি (মখোইগী লাংলৌ) মীশিংদগী, তৌইগুম্বসুং মখোইনা ঙমদে লোৎশিনবা অল্লাহদগী, অমসুং মহাকনা ইলোয়-লোয়নবি মখোইগা মখোইনা অহিংদা ৱা তান্নবদা মহাকনা য়াদবা (ৱাফম পুথোক্লুনা)। অদুগা অল্লাহনা পুংকোয়-কোয়শল্লি মখোইনা তৌবা (শরৌ লাংলৌ) পুম্নমক।

هَا أَنتُمْ هَٰؤُلَاءِ جَادَلْتُمْ عَنْهُمْ فِي الْحَيَاةِ الدُّنْيَا فَمَن يُجَادِلُ اللَّهَ عَنْهُمْ يَوْمَ الْقِيَامَةِ أَم مَّن يَكُونُ

১১০। য়েংউ! নখোইনি কনখৎনবা ঙাঙবা মখোইগীদমক তাইবঙপুন্সি খোঙফমদা। তৌইগুম্বসুং কনানা য়াহন্নবা হোৎনবিগনি

عَلَيْهِمْ وَكِيلًا ١٠٩

অল্লাহদা মখোইগীদমক্তা কিয়ামত নুমিত্তা, নত্তগা কনানা ওইবিগনি ঙাকপি-শেনবিবা মখোইগী ?

وَمَن يَعْمَلْ سُوٓءًا أَوْ يَظْلِمْ نَفْسَهُۥ ثُمَّ يَسْتَغْفِرِ ٱللَّهَ يَجِدِ ٱللَّهَ غَفُورًا رَّحِيمًا ١١٠

১১১। অদুগা কনাগুম্বনা ফত্তবা থোঙফম্নরবা নত্তগা মথন্নাইবু অরানবা লম্বীনহল্লবা মতুংদা হায়জ-চৎচা তৌরবদি অল্লাহদা (পাপ) কোকপিনবগী, ফংগনি অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَمَن يَكْسِبْ إِثْمًا فَإِنَّمَا يَكْسِبُهُۥ عَلَىٰ نَفْسِهِۦ ۚ وَكَانَ ٱللَّهُ عَلِيمًا حَكِيمًا ١١١

১১২। অদুগা কনাগুম্বনা তৌরবা পাপ অমা তৌই মদু মহাক্কী থরাইগী মায়োক্তা। অদুগা অল্লাহদি পুংখঙ-খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَمَن يَكْسِبْ خَطِيٓـَٔةً أَوْ إِثْمًا ثُمَّ يَرْمِ بِهِۦ بَرِيٓـًٔا فَقَدِ ٱحْتَمَلَ بُهْتَٰنًا وَإِثْمًا مُّبِينًا ١١٢ ع

১১৩। অদুগা কনাগুম্বনা তৌরবা অরানবা অমা নত্তগা পাপ অমা, অদুগী তুংদা থৈজিল্লবা মদু মরাল লৈতবা মী অমদা, শোয়দনমক পুগনি (মরাল পাবোৎ ঃ) মীবু চুমদনা হুনবগী অমসুং তশেং-তশেংনা পাপ তৌবগী।

১৭ শুবা রুকূ

وَلَوْلَا فَضْلُ ٱللَّهِ عَلَيْكَ وَرَحْمَتُهُۥ لَهَمَّت طَّآئِفَةٌ مِّنْهُمْ أَن يُضِلُّوكَ وَمَا يُضِلُّونَ إِلَّآ أَنفُسَهُمْ ۖ وَمَا يَضُرُّونَكَ مِن شَىْءٍ ۚ وَأَنزَلَ ٱللَّهُ عَلَيْكَ ٱلْكِتَٰبَ وَٱلْحِكْمَةَ وَعَلَّمَكَ مَا لَمْ تَكُن تَعْلَمُ ۚ وَكَانَ فَضْلُ ٱللَّهِ عَلَيْكَ عَظِيمًا ١١٣

১১৪। অদুগা অল্লাহনা থৌজালবিরমদ্রবা অমসুং ঙাকপিরমদ্রবদি নংবু মখোই কাঙবু অমনা মপুকনিং চপ য়ুংনা নীংলম্মী থোকহনগদবগী অমাঙবা নহাকপু। তৌইগুম্বসুং মখোইনা ঙমদে মাঙহনবা কনামতবু মশামকপু নত্তনা অমসুং মখোইনা করিসু ঙমদে মাঙ-তাকহনবা নহাকপু। অদুগা অল্লাহনা থাবিখি নংঙোন্দা কিতাব অমসুং মহৈ-মশিং অমসুং তম্বিখি নহাকপু (হান্না) নহাক্না খঙলমদবসু ; অমসুং অল্লাহগী থৌজাল নংঙোন্দা পীখিবদু য়াম্না চাওই।

لَّا خَيْرَ فِى كَثِيرٍ مِّن نَّجْوَىٰهُمْ إِلَّا مَنْ أَمَرَ بِصَدَقَةٍ أَوْ مَعْرُوفٍ أَوْ إِصْلَٰحٍۭ بَيْنَ ٱلنَّاسِ ۚ وَمَن يَفْعَلْ ذَٰلِكَ ٱبْتِغَآءَ مَرْضَاتِ ٱللَّهِ فَسَوْفَ نُؤْتِيهِ أَجْرًا عَظِيمًا ١١٤

১১৫। অফবা করিসু য়াওদে মখোইগী অয়াম্বা রা তান্নবদা নত্তনা (অসিগুম্বা রা তান্নবদা) মদুদা য়াথংনৈ দানগী নত্তগা অফবা থবক্কী নত্তগা মীশিং চান্নহন্নবগী। অদুগা কনাগুম্বনা মদু তৌরবদি, অল্লাহগী য়াবিবা ফংজনবা ঐখোইনা থুনা পীবিগনি মহাকপু অচৌবা মনা-মথিন।

১১৬। অদুগা কনাগুম্বনা য়াদ্রবদি রসুলবু লমজিং তশেংনা ফোংদোকপিখ্রবা মতুংদা মঙোন্দা অমসুং লম্বীনরবদি অতোপ্পা লম্বী অমা অচুম্বা থাজবশিংগী নত্তবা, ঐখোইনা ওনশনহনবিগনি মহাকপু মহাকনা ওনশনজখিবা অদুদা অমসুং চঙহনবিগনি মহাকপু যম লৈবাক্তা; অমসুং মদু ফত্তবা লমথুংফমনি।

وَمَنْ يُّشَاقِقِ الرَّسُوْلَ مِنْۢ بَعْدِ مَا تَبَيَّنَ لَهُ الْهُدٰى وَيَتَّبِعْ غَيْرَ سَبِيْلِ الْمُؤْمِنِيْنَ نُوَلِّهٖ مَا تَوَلّٰى وَنُصْلِهٖ جَهَنَّمَ ۗ وَسَآءَتْ مَصِيْرًا ١١٥

১৮ শুবা রুকূ

১১৭। তশেংবমক অল্লাহনা কোকপিরোই মহাক্কী মশরুক য়ামিন্নবশিং লৈ হায়জিনববু, তৌইগুম্বসুং মহাকনা কোকপিগনি অসি নত্তবা (অতৈ মরাল) পুম্নমক মহাকনা চানবিবা (মতিকচাবা) অমবু। অদুগা কনাগুম্বনা হায়জিল্লবদি অল্লাহগী মশরুক য়ামিন্নবা লৈ, মহাক তশেংনমক লম হেন্না শেরান্নখ্রবনি।

اِنَّ اللّٰهَ لَا يَغْفِرُ اَنْ يُّشْرَكَ بِهٖ وَيَغْفِرُ مَا دُوْنَ ذٰلِكَ لِمَنْ يَّشَآءُ ۗ وَمَنْ يُّشْرِكْ بِاللّٰهِ فَقَدْ ضَلَّ ضَلٰلًاۢ بَعِيْدًا ١١٦

১১৮। মখোইনা কৌজে মহাক নত্তবা থরাই পান্দবা পোৎশিংবু অমসুং মখোইনা কৌদে কনামতবু নত্তনা শৈতান লালহৌববু,

اِنْ يَّدْعُوْنَ مِنْ دُوْنِهٖۤ اِلَّاۤ اِنٰثًا ۚ وَاِنْ يَّدْعُوْنَ اِلَّا شَيْطٰنًا مَّرِيْدًا ١١٧

১১৯। মহাকপুদি অল্লাহনা সিরাপ তৌবিখ্রে। অদুগা মহাকনা হায়খিঃ "ঐনা শোয়দনমক লৌথোক্কনি অকক্লবা শরুক অমা নহাক্কী ননাইশিংদগী,

لَّعَنَهُ اللّٰهُ ۘ وَقَالَ لَاَتَّخِذَنَّ مِنْ عِبَادِكَ نَصِيْبًا مَّفْرُوْضًا ١١٨

১২০। "অমসুং ঐনা শোয়দনমক লম্মুক্কহনবিগনি মখোইবু অমসুং ময়ায় কাহনবিগনি মখোইবু কান্নদবা অপাম্বদা অমসুং ঐনা য়াথংনবিগনি মখোইবু অদুনা মখোইনা খায়দোক্কনি (নত্তগা হুত্তোক্কনি) মনাশিং শা-ষনগী অমসুং ঐনা য়াথংনবিগনি মখোইবু অদুনা মখোইনা ওন্থোক্কনি অল্লাহগী লৈশেম্নুং।" অদুগা কনাগুম্বনা মরূপনরবদি শৈতানবু অল্লাহগী মহুত্তা, মহাক অমাঙবা খোঙফম্নরবনি তশেং-তশেংনা মাঙজরবনি।

وَّلَاُضِلَّنَّهُمْ وَلَاُمَنِّيَنَّهُمْ وَلَاٰمُرَنَّهُمْ فَلَيُبَتِّكُنَّ اٰذَانَ الْاَنْعَامِ وَلَاٰمُرَنَّهُمْ فَلَيُغَيِّرُنَّ خَلْقَ اللّٰهِ ۗ وَمَنْ يَّتَّخِذِ الشَّيْطٰنَ وَلِيًّا مِّنْ دُوْنِ اللّٰهِ فَقَدْ خَسِرَ خُسْرَانًا مُّبِيْنًا ١١٩

يَعِدُهُمْ وَيُمَنِّيهِمْ ۖ وَمَا يَعِدُهُمُ الشَّيْطَانُ إِلَّا غُرُورًا ﴿١٢٠﴾

১২১। মহাকনা রাশক তৌবি মখোইদা অমসুং ঈপোম্নহনবি কান্নদবা অপাম্বসু মখোইদা। তৌইগুম্বসুং শৈতান্না তৌদে রাশকশিং মখোইদা লৌনম তৌবা নত্তনা।

أُولَٰئِكَ مَأْوَاهُمْ جَهَنَّمُ وَلَا يَجِدُونَ عَنْهَا مَحِيصًا ﴿١٢١﴾

১২২। মখোইসি—মখোইগী য়াতুংফমদি যম লৈবাকনি অমসুং মখোই ফংলোই লম্বী অমতা নান্থোক্লবগী মদুদগী।

وَالَّذِينَ آمَنُوا وَعَمِلُوا الصَّالِحَاتِ سَنُدْخِلُهُمْ جَنَّاتٍ تَجْرِي مِنْ تَحْتِهَا الْأَنْهَارُ خَالِدِينَ فِيهَا أَبَدًا ۖ وَعْدَ اللَّهِ حَقًّا ۚ وَمَنْ أَصْدَقُ مِنَ اللَّهِ قِيلًا ﴿١٢٢﴾

১২৩। তৌইগুম্বসুং অচুম্বা থাজবশিং অমসুং অফবা থবকশিং তৌবদু, ঐখোইনা চঙহনবিগনি মখোইবু স্বর্গ লৈকোন্নুংদা, মখা অদুদা তুরেলশিং ঈচেল্লি, মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগনি লোম্বা লৈতনা। মসি অল্লাহগী অচুম্বা রাশকনি। অদুগা কনানো অল্লাহদগী হেন্না অচুম্বা রা ঙাঙবা?

لَيْسَ بِأَمَانِيِّكُمْ وَلَا أَمَانِيِّ أَهْلِ الْكِتَابِ ۗ مَنْ يَعْمَلْ سُوءًا يُجْزَ بِهِ وَلَا يَجِدْ لَهُ مِنْ دُونِ اللَّهِ وَلِيًّا وَلَا نَصِيرًا ﴿١٢٣﴾

১২৪। (হে মূর্তি ঈরাৎপশিং!) ওইবা য়ারোই নখোইনা পাম্বগী মতুংইন্না, নত্ত্রগা (করিসু থুংলোই) কিতাব ফংখিবা মীশিংগী অপাম্বসু। কনাগুম্বনা ফত্তরম লম্বীনরবদি মদুগী মতিক ওকপা চৈরাক থাবিগনি অমসুং মহাকনা ফংলরোই মহাক্কীনি হায়বা অল্লাহ নত্তনা মরূপ নত্ত্রগা তেংবাংবিনবা কনামতা।

وَمَنْ يَعْمَلْ مِنَ الصَّالِحَاتِ مِنْ ذَكَرٍ أَوْ أُنْثَىٰ وَهُوَ مُؤْمِنٌ فَأُولَٰئِكَ يَدْخُلُونَ الْجَنَّةَ وَلَا يُظْلَمُونَ نَقِيرًا ﴿١٢٤﴾

১২৫। অদুগা কনাগুম্বনা তৌরবা অফবা থবকশিং, নিপা নত্ত্রগা নুপী ওইসনু, অমসুং মহাক ওইরবদি অচুম্বা থাজবা, অসিগুম্বা মীওই চঙগনি স্বর্গ লৈকোন্দা অমসুং মহাকপু লান্না তৌবিরোই খুজিনমুক ফাওবা।

وَمَنْ أَحْسَنُ دِينًا مِمَّنْ أَسْلَمَ وَجْهَهُ لِلَّهِ وَهُوَ مُحْسِنٌ وَاتَّبَعَ مِلَّةَ إِبْرَاهِيمَ حَنِيفًا ۗ وَاتَّخَذَ اللَّهُ إِبْرَاهِيمَ خَلِيلًا ﴿١٢٥﴾

১২৬। অদুগা কনা হেন্না ফবা লৈবগে ধর্ম্ম-খোঙফমদা মঙোন্দগী—মহাকনা কখোকচৈ মশামকপু অল্লাহদা অমসুং লম্বীনৈ ইব্রাহীম তুররিংবগী ধর্ম্ম? অদুগা অল্লাহনা লৌবিখি ইব্রাহীমবু মরূপ অমা ওইনা।

وَلِلَّهِ مَا فِي السَّمَاوَاتِ وَمَا فِي الْأَرْضِ ۚ وَكَانَ اللَّهُ

১২৭। অদুগা অল্লাহগীনি আসমানদা লৈরিবা-পুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা-পুম্বা;

ع بِكُلِّ شَىْءٍ مُّحِيطًا ﴿١٢٦﴾

অমসুং অল্লাহনা পুংকোয়-কোয়শন্দুনা থম্মি পোৎ পুম্নমক।

১৯ শুবা রুকূ

وَيَسْتَفْتُونَكَ فِي النِّسَاءِ قُلِ اللَّهُ يُفْتِيكُمْ فِيهِنَّ وَمَا يُتْلَىٰ عَلَيْكُمْ فِي الْكِتَابِ فِي يَتَامَى النِّسَاءِ اللَّاتِي لَا تُؤْتُونَهُنَّ مَا كُتِبَ لَهُنَّ وَتَرْغَبُونَ أَنْ تَنْكِحُوهُنَّ وَالْمُسْتَضْعَفِينَ مِنَ الْوِلْدَانِ وَأَنْ تَقُومُوا لِلْيَتَامَىٰ بِالْقِسْطِ وَمَا تَفْعَلُوا مِنْ خَيْرٍ فَإِنَّ اللَّهَ كَانَ بِهِ عَلِيمًا ﴿١٢٧﴾

১২৮। অদুগা মখোইনা ৱা হংলি নংঙোন্দা (ইসলামী ৱারেপ) নুপীশিংগী মরমদা। হায়য়ুঃ অল্লাহনা তাকপিরি মহাক্কী ময়াথং নখোইদা মখোইগী মরমদা, অমসুং হায়বিখ্রে নখোইদা কিতাব অসিদা পীতৎ-পাতৎপা লৈশাবীশিংগী মরমদা, মখোইবু নখোইনা পীদে মখোইগীদমক লেপখিবদু, অমসুং নখোইনা লুহোংনীংই মখোইবু, অমসুং অশোনবা মচাশিংগী মরক্তা (স্বত্ব পীবিদে)। অদুনা (অল্লাহনা য়াথংনবিরি নখোইবু) অচুম্বা শাজৎ চংলু পীতৎ-পাতৎপা মচাশিংদা। অদুগা নখোইনা অফবা তৌবমখে, তশেংবমক অল্লাহনা মুন্না খঙই মদু।

وَإِنِ امْرَأَةٌ خَافَتْ مِنْ بَعْلِهَا نُشُوزًا أَوْ إِعْرَاضًا فَلَا جُنَاحَ عَلَيْهِمَا أَنْ يُصْلِحَا بَيْنَهُمَا صُلْحًا وَالصُّلْحُ خَيْرٌ وَأُحْضِرَتِ الْأَنْفُسُ الشُّحَّ وَإِنْ تُحْسِنُوا وَتَتَّقُوا فَإِنَّ اللَّهَ كَانَ بِمَا تَعْمَلُونَ خَبِيرًا ﴿١٢٨﴾

১২৯। অদুগা কনাগুম্বা নুপী অমনা অকিবা শরুক্করে থীনা য়াক্না তৌবিগদ্রা নত্ত্রগা থৌশাবিরোইদ্রা হায়না মাগী মপুরোইবনা, দোশ করিসু লৈতে মখোইনা য়ানদুনা তাইশন্নখিবদা; করিনা হায়ববু তাইশন্নবনা হেন্না অফবনি। অদুগা (লন-থুমগী অমসুং নুপীগী) মিহৌবা ইলৈ-লৈ (মীশিংগী) পুকনিংদা। তৌইগুম্বসুং নখোইনা অফবা তৌরবা অমসুং ধর্ম্ম লম্বীনরবদি, অল্লাহদি (মতম-পুম্বদা) তশেংনমক খবররালনি নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

وَلَنْ تَسْتَطِيعُوا أَنْ تَعْدِلُوا بَيْنَ النِّسَاءِ وَلَوْ حَرَصْتُمْ فَلَا تَمِيلُوا كُلَّ الْمَيْلِ فَتَذَرُوهَا كَالْمُعَلَّقَةِ وَإِنْ تُصْلِحُوا وَتَتَّقُوا فَإِنَّ اللَّهَ كَانَ غَفُورًا رَحِيمًا ﴿١٢٩﴾

১৩০। অদুগা নখোইনা ঙমলোই মিত্তারেং চপমান্নবা চৎপা নতালোইশিংগী মরক্তা, নখোইনা ফন্না য়াম্না পামলবসু মদু; তৌইগুম্বসুং (নুপী) অমদা নপুকনিং অপুম্বা লুপশিনবা অতোপ্পবুনা (মালংদা) থাদোকপদি তৌগনু। অদুম ওইনমক, নখোইনা চান্নরবদি অমসুং ধর্ম্ম কায়দনা চৎলবদি, অল্লাহদি তশেংবমক য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

১৩১। অদুগা মখোইনা খায়দোক্নরবদি, অল্লাহনা অৱাৎপা শকখঙহনবিরোই মখোই অনিমকপু মহাক্কী মরাংকায়বদগী; অমসুং অল্লাহদি (মতম-পুম্বদা) পীনা-হালেঙদবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَإِنْ يَتَفَرَّقَا يُغْنِ اللَّهُ كُلًّا مِنْ سَعَتِهِ ۚ وَكَانَ اللَّهُ وَاسِعًا حَكِيمًا ﴿١٣٠﴾

১৩২। অদুগা অল্লাহগীনি আসমানদা লৈরিবা-পুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা-পুম্বা। অদুগা ঐখোইনা তশেংনমক য়াথংনবিখ্রে নখোইগী মমাংদা কিতাব পীখিবা মীশিংদা অমসুং (য়াথংনবিরিবনি) নখোইবুসু কিয়ু অল্লাহবু। তৌইগুম্বসুং নখোইনা (মহাক্কী) য়াথং হীকতোকলবদি (খঙজু) তশেংবমক অল্লাহগীনি আসমানদা লৈরিবা-পুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা-পুম্বা। অদুগা অল্লাহদি (মতম-পুম্বদা) অৱাৎ-অপা লৈতবনি, থাগৎপদা মতিকচাবনি।

وَلِلَّهِ مَا فِي السَّمَاوَاتِ وَمَا فِي الْأَرْضِ ۗ وَلَقَدْ وَصَّيْنَا الَّذِينَ أُوتُوا الْكِتَابَ مِنْ قَبْلِكُمْ وَإِيَّاكُمْ أَنِ اتَّقُوا اللَّهَ ۚ وَإِنْ تَكْفُرُوا فَإِنَّ لِلَّهِ مَا فِي السَّمَاوَاتِ وَمَا فِي الْأَرْضِ ۚ وَكَانَ اللَّهُ غَنِيًّا حَمِيدًا ﴿١٣١﴾

১৩৩। অদুগা অল্লাহগীনি আসমানদা লৈরিবা-পুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা-পুম্বা; অমসুং অল্লাহনা ওকলে ঙাকপি-শেনবিবা ওইবদা (পুম্নমক্কী)।

وَلِلَّهِ مَا فِي السَّمَاوَاتِ وَمَا فِي الْأَرْضِ ۚ وَكَفَىٰ بِاللَّهِ وَكِيلًا ﴿١٣٢﴾

১৩৪। মহাকনা করিগুম্বা পামলবদি, মহাকনা লৌথোকপিখিনি নখোইবু, হে মীওইবশিং! অমসুং পুশিনবিরক্কনি অতৈ অতোপ্পা। অদুগা অল্লাহদি শক্তি পুম্নমক লৈবনি মদু তৌবগী।

إِنْ يَشَأْ يُذْهِبْكُمْ أَيُّهَا النَّاسُ وَيَأْتِ بِآخَرِينَ ۚ وَكَانَ اللَّهُ عَلَىٰ ذَٰلِكَ قَدِيرًا ﴿١٣٣﴾

১৩৫। কনাগুম্বনা তাইবঙ (পুন্সিগী হোৎনজমল) গী মহৈ (হৌজিক হৌজিক্তা) পামলবদি (মহাক খঙজসনু) অল্লাহগী মনাক্তা লৈবনি মহৈ সংসার অসিগী অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিগী। অদুগা অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক উবনি।

مَنْ كَانَ يُرِيدُ ثَوَابَ الدُّنْيَا فَعِنْدَ اللَّهِ ثَوَابُ الدُّنْيَا وَالْآخِرَةِ ۚ وَكَانَ اللَّهُ سَمِيعًا بَصِيرًا ﴿١٣٤﴾

২০ শুবা রুকূ

১৩৬। হে অচুম্বা থাজবশিং! থৈদোক-থৈজিন তৌগনু অচুম্বা তৌবদা, অমসুং ওইয়ু সাক্ষী অল্লাহগীদমক্তা, মদুনা মায়োক্নরবা ফাওবদা

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا كُونُوا قَوَّامِينَ بِالْقِسْطِ شُهَدَاءَ لِلَّهِ وَلَوْ عَلَىٰ أَنْفُسِكُمْ أَوِ الْوَالِدَيْنِ وَالْأَقْرَبِينَ ۚ إِنْ

নখোই নশামক্কী নত্ত্রগা নমা-নপাগী অমসুং অনকপা মরী-মতাগী। (কেস থোকলিবা) মী অদুনা ইনাক খুনবা ওইরবসু নত্ত্রগা লৈত-লাইরবা ওইরবসু অল্লাহনা হেন্না থৌশাবি মখোই অনিবু (নখোইদগী হেন্না)। মরম অদুনা ইনগনু মতুং (নখোইগী) অতোনবা অপাম্বগী অদুনা নখোই ঙম্নবা থবক তৌবা অচুম-অরান কায়দনা। অদুগা নখোইনা লোৎশল্লবা অচুম্বদু নত্ত্রগা থাদোকলবদি মদু, (মতমদুদা নীংশিঙঙু) তশেংবমক, অল্লাহদি খবররালনি নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

يَّكُنْ غَنِيًّا اَوْ فَقِيْرًا فَاللّٰهُ اَوْلٰى بِهِمَا ۫ فَلَا تَتَّبِعُوا الْهَوٰٓى اَنْ تَعْدِلُوْا ۚ وَاِنْ تَلْوٗٓا اَوْ تُعْرِضُوْا فَاِنَّ اللّٰهَ كَانَ بِمَا تَعْمَلُوْنَ خَبِيْرًا ﴿١٣٥﴾

১৩৭। হে অচুম্বা থাজবশিং! থাজৌ অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুলবু অমসুং কিতাব মহাকনা ফোংদোক্কপিখিবদু মহাক্কী রসুলদা অমসুং (অতৈ) কিতাব মহাকনা ফোংদোকপিখিবদু (মাগী) মমাংদা। অদুগা কনাগুম্বনা থাজদ্রবদি অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী ফরিশতহশিংবু অমসুং মহাক্কী কিতাবশিংবু অমসুং মহাক্কী রসুলশিংবু অমসুং অরোয়বা নুমিৎপু মহাক তশেংনমক লম য়ৌনা শেরাম্লখ্রবনি।

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْٓا اٰمِنُوْا بِاللّٰهِ وَرَسُوْلِهٖ وَالْكِتٰبِ الَّذِيْ نَزَّلَ عَلٰى رَسُوْلِهٖ وَالْكِتٰبِ الَّذِيْٓ اَنْزَلَ مِنْ قَبْلُ ۗ وَمَنْ يَّكْفُرْ بِاللّٰهِ وَمَلٰٓئِكَتِهٖ وَكُتُبِهٖ وَرُسُلِهٖ وَالْيَوْمِ الْاٰخِرِ فَقَدْ ضَلَّ ضَلٰلًا ۢ بَعِيْدًا ﴿١٣٦﴾

১৩৮। থাসৈশেংবমক, অদুগুম্বা মীওইশিং (অওন-অওন চাবা) মখোইনা অচুম্বা থাজখ্রবা তুংদা (অমুকসু) অচুম্বা থাজে, অদুগী তুংদা (মপুকনিং ঈরৈ চল্লক্তুনা) লমফৈ-খোঙফমনৈ, অদুগী তুংদা ফৈরেংনবদা থোইনদুম হেনগৎখ্রে (অমসুং স্বধর্ম্ম থাদোকখ্রে)। অল্লাহনা কদৌনুংদসু কোকপিরোই মখোইবু নত্ত্রগা লমজিংবিরোই মখোইবু (অচুম্বা) লম্বীদা।

اِنَّ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا ثُمَّ كَفَرُوْا ثُمَّ اٰمَنُوْا ثُمَّ كَفَرُوْا ثُمَّ ازْدَادُوْا كُفْرًا لَّمْ يَكُنِ اللّٰهُ لِيَغْفِرَ لَهُمْ وَلَا لِيَهْدِيَهُمْ سَبِيْلًا ﴿١٣٧﴾

১৩৯। থুংঙু পাওজেন ঈমান চেংজংবশিংদা মদুদি মখোইগীদমক্তি অৱাবগী মশক ওইবা রায়েল চৈরাকনি.

بَشِّرِ الْمُنٰفِقِيْنَ بِاَنَّ لَهُمْ عَذَابًا اَلِيْمًا ﴿١٣٨﴾

১৪০। মখোইনা মরুপনৈ লমফৈ-খোঙফম্ন-বশিংবু (হেন্না পাম্না) অচুম্বা থাজবশিংদগী।

الَّذِيْنَ يَتَّخِذُوْنَ الْكٰفِرِيْنَ اَوْلِيَاۤءَ مِنْ دُوْنِ

الْمُؤْمِنِيْنَ ۭ اَيَبْتَغُوْنَ عِنْدَهُمُ الْعِزَّةَ فَاِنَّ الْعِزَّةَ لِلّٰهِ جَمِيْعًا ۝

মখোইনা থিব্রা মিংচৎ মখোইদগী? তশেংবমক, মিংচৎ পুম্নমক অল্লাহগীনি।

وَقَدْ نَزَّلَ عَلَيْكُمْ فِى الْكِتٰبِ اَنْ اِذَا سَمِعْتُمْ اٰيٰتِ اللّٰهِ يُكْفَرُ بِهَا وَيُسْتَهْزَاُ بِهَا فَلَا تَقْعُدُوْا مَعَهُمْ حَتّٰى يَخُوْضُوْا فِىْ حَدِيْثٍ غَيْرِهٖٓ ۖ اِنَّكُمْ اِذًا مِّثْلُهُمْ ۭ اِنَّ اللّٰهَ جَامِعُ الْمُنٰفِقِيْنَ وَالْكٰفِرِيْنَ فِىْ جَهَنَّمَ جَمِيْعًا ۝

১৪১। অদুগা তশেংবমক মহাকনা ফোংদোকপিখ্রে নখোইদা কিতাবদা (য়াথং অসি) নখোইনা করিগুম্বা তারগা (কনাগুম্বনা) অল্লাহগী পাওজেনশিংবু য়াদবা অমসুং নোক্নরবদি, ফম্মিন্নগনু মখোইগা মখোইনা হৌদ্রিবা- ফাওবা অতোপ্পা ৱারী-ৱাতাই অমা; মরমদি মওং মতাদুদা নখোইসু শোয়দনমক ওইখিগনি মখোইগুম্বা। থাঙ্গেশেংবমক অল্লাহনা পুল্লপ্পা খোমজনবিগনি অওন-অওন চাবশিং অমসুং লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু যম লৈবাক্তা।

اَلَّذِيْنَ يَتَرَبَّصُوْنَ بِكُمْ ۚ فَاِنْ كَانَ لَكُمْ فَتْحٌ مِّنَ اللّٰهِ قَالُوْٓا اَلَمْ نَكُنْ مَّعَكُمْ ۡ ۖ وَاِنْ كَانَ لِلْكٰفِرِيْنَ نَصِيْبٌ ۙ قَالُوْٓا اَلَمْ نَسْتَحْوِذْ عَلَيْكُمْ وَنَمْنَعْكُمْ مِّنَ الْمُؤْمِنِيْنَ ۭ فَاللّٰهُ يَحْكُمُ بَيْنَكُمْ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ ۭ وَلَنْ يَّجْعَلَ اللّٰهُ لِلْكٰفِرِيْنَ عَلَى الْمُؤْمِنِيْنَ سَبِيْلًا ۝

১৪২। মখোইদুনা ঙাইরি (পাও) নখোইগী মরমদা নখোইনা করিগুম্বা জয় ওইরকপদা অল্লাহগী মায়কৈদগী; মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইবু লোয়নখিদব্রা নখোইগা?" অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা করিগুম্বা খুদোংচাবা ফংব্রবদি, মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইনা থক থোংখিদব্রা নখোইগী অমসুং ঙাকপিখিদব্রা নখোইবু অচুম্বা থাজবশিংদগী?" মরমদুনা অল্লাহনা বিচার তৌবিগনি নখোইগী মরক্তা কিয়ামত নুমিত্তা। অদুগা অল্লাহনা কদৌঙেদসু পীবিরোই লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদা (জয় তৌনবা) লম্বী অমা অচুম্বা থাজবশিংগী মায়োক্তা।

২১ শুবা রুকূ

اِنَّ الْمُنٰفِقِيْنَ يُخٰدِعُوْنَ اللّٰهَ وَهُوَ خَادِعُهُمْ ۚ وَاِذَا قَامُوْٓا اِلَى الصَّلٰوةِ قَامُوْا كُسَالٰى ۙ يُرَاۗءُوْنَ النَّاسَ وَلَا يَذْكُرُوْنَ اللّٰهَ اِلَّا قَلِيْلًا ۝

১৪৩। তশেংবমক অওন-অওন চাবশিংনা হোৎনৈ লৌনম তৌগাদবগী অল্লাহবু, তৌইগুম্বসুং মহাকনা চৈরাক থাবিগনী মখোইবু মখোইগী লৌনমগী। অদুগা মখোইনা লেপখৎপদা নমাজগীদমক, মখোইনা লেপই তন্দে-মান্দে, তৌই উহন্নবতা মীশিংবু অমসুং মখোইনা নীংশিঙই অল্লাহবু খজিক্তমক।

مُّذَبْذَبِيْنَ بَيْنَ ذٰلِكَ ۖ لَآ اِلٰى هٰٓؤُلَاۗءِ وَلَآ اِلٰى هٰٓؤُلَاۗءِ

১৪৪। (মখোইসি) পোরেপফম খঙদে (হাও মাও

وَمَن يُضْلِلِ اللّٰهُ فَلَن تَجِدَ لَهُ سَبِيلًا ﴿١٤٣﴾

তৌদুনা) অমগীসু ওইদে অতোপ্পগীসু ওইদে। অদুগা কনাগুম্ববু অল্লাহনা লম্মুক্লহনবিখ্রবদা নংনা ফংলোরই লম্বী অমা মহাক্কীদমক (নাত্থোকনবগী)।

يٰٓأَيُّهَا الَّذِينَ اٰمَنُوا لَا تَتَّخِذُوا الْكٰفِرِينَ أَوْلِيَآءَ مِن دُونِ الْمُؤْمِنِينَ ۚ أَتُرِيدُونَ أَن تَجْعَلُوا لِلّٰهِ عَلَيْكُمْ سُلْطٰنًا مُّبِينًا ﴿١٤٤﴾

১৪৫। হে অচুম্বা থাজবশিং! মরুপনগনু লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু হেন্না পাম্না অচুম্বা থাজবশিংদগী। নখোইন্য পীনিংব্রা অল্লাহদা তশেং-তশেংবা মরাল নখোইগী মায়োক্তা?

إِنَّ الْمُنٰفِقِينَ فِي الدَّرْكِ الْأَسْفَلِ مِنَ النَّارِ وَلَن تَجِدَ لَهُمْ نَصِيرًا ﴿١٤٥﴾

১৪৬। তশেংবমক অওন-অওন চাবশিং লৈগনি মৈকোমগী মখা ইথং-থংবদা; অমসুং নংনা ফংলরোই তেংবাংবিনবা কনামতা মখোইগী-দমক্তা।

إِلَّا الَّذِينَ تَابُوا وَأَصْلَحُوا وَاعْتَصَمُوا بِاللّٰهِ وَأَخْلَصُوا دِينَهُمْ لِلّٰهِ فَأُولٰٓئِكَ مَعَ الْمُؤْمِنِينَ ۖ وَسَوْفَ يُؤْتِ اللّٰهُ الْمُؤْمِنِينَ أَجْرًا عَظِيمًا ﴿١٤٦﴾

১৪৭। নত্তনা মখোইদু মখোইনা মপাপ হায়দোকচৈ অমসুং চুমথোকচৈ (মরমচৎ) অমসুং খুৎপায় চেৎনা পায় অল্লাহবু অমসুং মপুকচেন তিংনা ধর্ম্ম খোঙফম্নজৈ অল্লাহগীদমক্তা—মখোইসি মনুং চল্লবনি অচুম্বা থাজবশিংগী। অদুগা অল্লাহনা থুনা পীবিগনি অচুম্বা থাজবশিংদা অচৌবা মনা-মথিন।

مَا يَفْعَلُ اللّٰهُ بِعَذَابِكُمْ إِن شَكَرْتُمْ وَاٰمَنتُمْ ۚ وَكَانَ اللّٰهُ شَاكِرًا عَلِيمًا ﴿١٤٧﴾

১৪৮। করি মরমগী অল্লাহনা রায়েল-চৈরাক পীগদৌরি নখোইবু, নখোইনা তৌবিমল খঙবা উৎলবা (মহাক্কী থৌজালশিংগী) অমসুং থাজরবদি (মহাকপু)? অদুগা (খঙজু) অল্লাহদি শীংথানবিহৈবনি (অমসুং) পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

## সিপারহ ৬ ঃ লা য়ুহিব্বুল্লাহু

لَا يُحِبُّ اللّٰهُ الْجَهْرَ بِالسُّوٓءِ مِنَ الْقَوْلِ إِلَّا مَن ظُلِمَ ۚ وَكَانَ اللّٰهُ سَمِيعًا عَلِيمًا ﴿١٤٨﴾

১৪৯। অল্লাহনা নুংশিবিদে (কনাগুম্ববু) ফজদবা মওংগী রা ঙাঙ-শকপা মীয়াম মমাংদা লান্না তৌবিখ্রবা (মী) না (অদুক ঙাঙবা) নত্তনা। অদুগা অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

إِن تُبْدُوا خَيْرًا أَوْ تُخْفُوهُ أَوْ تَعْفُوا عَن سُوٓءٍ

১৫০। নখোইনা ফোংনা তৌরবা অফবা অমা

فَإِنَّ اللَّهَ كَانَ عَفُوًّا قَدِيرًا ⑮

নত্তগা লোৎশল্লবা মদু নত্তগা ঙাকপিরবা ফত্তবা অমা, তশেংবমক অল্লাহদি ঙাকপি- কনবিহৈবনি, পুংঙম-ঙম্বনি।

إِنَّ الَّذِينَ يَكْفُرُونَ بِاللَّهِ وَرُسُلِهِ وَيُرِيدُونَ أَنْ يُفَرِّقُوا بَيْنَ اللَّهِ وَرُسُلِهِ وَيَقُولُونَ نُؤْمِنُ بِبَعْضٍ وَنَكْفُرُ بِبَعْضٍ وَيُرِيدُونَ أَنْ يَتَّخِذُوا بَيْنَ ذَٰلِكَ سَبِيلًا ⑮

১৫১। তশেংবমক অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা থাজদবা অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলশিংদা অমসুং মখোইনা তোখায় তাহন্নীংই অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলশিংগী মরক্তা, অমসুং হায়ঃ "ঐখোইনা থাজে খরবু অমসুং থাজদে অতোপ্পবু অমসুং মখোইনা পাম্মি ময়ায় লম্বী অমা মরক্তা,"

أُولَٰئِكَ هُمُ الْكَافِرُونَ حَقًّا ۚ وَأَعْتَدْنَا لِلْكَافِرِينَ عَذَابًا مُهِينًا ⑮

১৫২। মখোইসি তশেংবমক অচুম্বা থাজদবশিংনি অমসুং ঐখোইনা তৈয়ার তৌদুনা থম্বিখ্রে অচুম্বা থাজদবশিংগীদমক্তা অচোম্পা চৈরাক দণ্ডি।

وَالَّذِينَ آمَنُوا بِاللَّهِ وَرُسُلِهِ وَلَمْ يُفَرِّقُوا بَيْنَ أَحَدٍ مِنْهُمْ أُولَٰئِكَ سَوْفَ يُؤْتِيهِمْ أُجُورَهُمْ ۗ وَكَانَ اللَّهُ غَفُورًا رَحِيمًا ⑮

১৫৩। অদুগা অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলশিংদা থাজবশিংদো অমসুং খন্দোক-খায়দোকপা তৌদবা কনামতবু মখোইগী মরক্তা, মখোইসি মহাকনা থুনা পীবিগনি মখোইগী মনা মথিনশিং ; অমসুং অল্লাহদি (মতমপুম্বদা) য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

## ২২ শুবা রুকূ

يَسْأَلُكَ أَهْلُ الْكِتَابِ أَنْ تُنَزِّلَ عَلَيْهِمْ كِتَابًا مِنَ السَّمَاءِ ۚ فَقَدْ سَأَلُوا مُوسَىٰ أَكْبَرَ مِنْ ذَٰلِكَ فَقَالُوا أَرِنَا اللَّهَ جَهْرَةً فَأَخَذَتْهُمُ الصَّاعِقَةُ بِظُلْمِهِمْ ۚ ثُمَّ اتَّخَذُوا الْعِجْلَ مِنْ بَعْدِ مَا جَاءَتْهُمُ الْبَيِّنَاتُ فَعَفَوْنَا عَنْ ذَٰلِكَ ۚ وَآتَيْنَا مُوسَىٰ سُلْطَانًا مُبِينًا ⑮

১৫৪। কিতাব ফংখিবা মীশিংনা ব্রা হংলি নংঙোন্দা স্বর্গদগী কিতাব অমা থাবিরক্নবা মখোইদা। মখোইনা তশেংবমক হংখি মুসাদা অসিদগী হেন্না চাওবা পোৎ অমা, অদুদা মখোইনা হায়খিঃ "উহল্লু অল্লাহবু ঐখোইদা তফোং-তফোংনা।" মরম অদুনা বজ্র (নোংথাং) না ফাখি মখোইবু মখোইনা অরানবা লম্বীনবগী মরম্না। অদুগী তুংদা মখোইনা (মীখুৎনা শাবা) ষণ-নাওবু পুজা তৌখি মখোইদা তশেং-তশেংবা পাওজেনশিং লাকখ্রবা মতুংদা, তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা ঙাকপিখি মদু (ফাওবা)। অদুগা ঐখোইনা পীখি মুসাদা তশেং-তশেংবা শক্তি।

وَرَفَعْنَا فَوْقَهُمُ الطُّورَ بِمِيثَاقِهِمْ وَقُلْنَا لَهُمُ

১৫৫। অদুগা ঐখোইনা রাংখৎহন্দুনা লৈহনবিখি

(সিনাই) চীং মখোইগী মথক্তা মখোইদগী ৱাশক লৌবদা অমসুং ঐখোইনা হায়বিখি মখোইদা ঃ নখোই চঙঙু গেট ঈকাইখুম্ননা নকোক নোন্থদুনা, অমসুং (অমুকসু) ঐখোইনা হায়বিখি মখোইদা ঃ "সববাথ নুমিত্তা লমকেৎ-লমহাইগনু," অমসুং ঐখোইনা লৌবিখি মখোইদগী অচেৎপা ৱাশক।

ادْخُلُوا الْبَابَ سُجَّدًا وَّقُلْنَا لَهُمْ لَا تَعْدُوْا فِي السَّبْتِ وَاَخَذْنَا مِنْهُمْ مِّيْثَاقًا غَلِيْظًا ﴿١٥٤﴾

১৫৬। অদুগী তুংদা, মখোইনা থুগায়বগী মখোইগী ৱাশক অমসুং মখোইনা য়াদবগী অল্লাহগী পাওজেনশিং অমসুং মখোইনা হাৎপগী নবীশিংবু চুমদনা অমসুং মখোইনা হায়খিবগীঃ "ঐখোইগী থম্মোইশিং থমফমনি (অল্লাহগী ৱাহৈশিংগী): ।" মদু নত্তে, অল্লাহনা চুম নম্বিখ্রে মখোইবু মখোইনা লমফৈ-খোঙফম্নবগী মরম্না, মরমদুনা মখোই অচুম্বা থাজদে (মখোই) খরা নত্তনা—

فَبِمَا نَقْضِهِمْ مِّيْثَاقَهُمْ وَكُفْرِهِمْ بِاٰيٰتِ اللّٰهِ وَقَتْلِهِمُ الْاَنْۢبِيَآءَ بِغَيْرِ حَقٍّ وَّقَوْلِهِمْ قُلُوْبُنَا غُلْفٌ ؕ بَلْ طَبَعَ اللّٰهُ عَلَيْهَا بِكُفْرِهِمْ فَلَا يُؤْمِنُوْنَ اِلَّا قَلِيْلًا ﴿١٥٥﴾

১৫৭। অদুগা মখোইনা ঈমান শেবাৎনবা মরমগী অমসুং মখোইনা মরয়মগী মথক্তা তুক্কচনঙাই ওইনা বদনাম তৌশিনবগী,

وَّبِكُفْرِهِمْ وَقَوْلِهِمْ عَلٰى مَرْيَمَ بُهْتَانًا عَظِيْمًا ﴿١٥٦﴾

১৫৮। অমসুং মখোইনা হায়খিবগীঃ "ঐখোইনা হাৎপিখ্রে মসীহ ঈসা, মরয়মগী মচানিপা, অল্লাহগী রসুলবু;" অমসুং মখোইনা হাৎখিদে মহাকপু নত্তগা ক্রোশদসু হাৎখিদে মহাকপু, তৌইগুম্বসুং মহাকপু উহনবিখি মখোইদা মানবগুম (ক্রোশদা হাৎখিবা)। অদুগা মদুদা য়ানীংদবশিংনা তশেংবমক চিংনবা শরুকনে মসিগী মরমদা। মখোই করিসু খঙদে মদুগী মরমদা, তৌইগুম্বসুং অসুম ভাবনা শাবতনি ; থাজৈমকশেংনা মখোইনা হাৎখিদে মহাকপু ;

وَّقَوْلِهِمْ اِنَّا قَتَلْنَا الْمَسِيْحَ عِيْسَى ابْنَ مَرْيَمَ رَسُوْلَ اللّٰهِ ۚ وَمَا قَتَلُوْهُ وَمَا صَلَبُوْهُ وَلٰكِنْ شُبِّهَ لَهُمْ ؕ وَاِنَّ الَّذِيْنَ اخْتَلَفُوْا فِيْهِ لَفِيْ شَكٍّ مِّنْهُ ؕ مَا لَهُمْ بِهٖ مِنْ عِلْمٍ اِلَّا اتِّبَاعَ الظَّنِّ ۚ وَمَا قَتَلُوْهُ يَقِيْنًا ﴿١٥٧﴾

১৫৯। মদুগী ওন্নতৈনবদা, অল্লাহনা থাক ৱাংহনবিখ্রে মহাকপু মহাক্কী মনাক্তা। অদুগা অল্লাহদি পাঙ্গলবনি,খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

بَلْ رَّفَعَهُ اللّٰهُ اِلَيْهِ ؕ وَكَانَ اللّٰهُ عَزِيْزًا حَكِيْمًا ﴿١٥٨﴾

১৬০। অদুগা কিতাব ফংখিবা মীশিংগী মরক্তা

وَاِنْ مِّنْ اَهْلِ الْكِتٰبِ اِلَّا لَيُؤْمِنَنَّ بِهٖ قَبْلَ مَوْتِهٖ

وَيَوْمَ الْقِيٰمَةِ يَكُوْنُ عَلَيْهِمْ شَهِيْدًا ﴿١٥٩﴾

কনামতা থাজদবা তৌরোই মসিদা মহাকনা শিদরিঙেগী মমাংদা; অমসুং কিয়ামত নুমিত্তা মহাকনা সাক্ষী পীগনি মখোইগী মায়োক্তা।

فَبِظُلْمٍ مِّنَ الَّذِيْنَ هَادُوْا حَرَّمْنَا عَلَيْهِمْ طَيِّبٰتٍ اُحِلَّتْ لَهُمْ وَبِصَدِّهِمْ عَنْ سَبِيْلِ اللّٰهِ كَثِيْرًا ﴿١٦٠﴾

১৬১। অদুনা য়হুদীশিংনা অরানবা লম্বীনবগী মরম্না, ঐখোইনা থিংবিখি মখোইবু অশেংবা পোৎ খরা মদু (হান্না) শীজন্নবা য়ারম্মী মখোইদা, অমসুং মখোইনা অথিংবা পীখিবগী মরম্না (মী) কয়াবু অল্লাহগী লম্বীদগী,

وَّاَخْذِهِمُ الرِّبٰوا وَقَدْ نُهُوْا عَنْهُ وَاَكْلِهِمْ اَمْوَالَ النَّاسِ بِالْبَاطِلِ ۗ وَاَعْتَدْنَا لِلْكٰفِرِيْنَ مِنْهُمْ عَذَابًا اَلِيْمًا ﴿١٦١﴾

১৬২। অমসুং মখোইনা শেন্থোই লৌবগী, মখোইবু তৌগনু হায়না থিংখ্রবসু মদু, অমসুং মখোইনা চুমদনা য়োৎপগী মীশিংগী মরন-মথুম। অদুনা ঐখোইনা তৈয়ার তৌবিখ্রে মখোইগী মরক্তগী অচুম্বা থাজদবশিংগীদমক অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাক।

لٰكِنِ الرّٰسِخُوْنَ فِى الْعِلْمِ مِنْهُمْ وَالْمُؤْمِنُوْنَ يُؤْمِنُوْنَ بِمَآ اُنْزِلَ اِلَيْكَ وَمَآ اُنْزِلَ مِنْ قَبْلِكَ وَالْمُقِيْمِيْنَ الصَّلٰوةَ وَالْمُؤْتُوْنَ الزَّكٰوةَ وَالْمُؤْمِنُوْنَ بِاللّٰهِ وَالْيَوْمِ الْاٰخِرِ ؕ اُولٰٓئِكَ سَنُؤْتِيْهِمْ اَجْرًا عَظِيْمًا ﴿١٦٢﴾

১৬৩। তৌইগুম্বসুং মখোইগী মরক্তা পাইমা লৌশিংথোই অমসুং অচুম্বা থাজবশিংনা থাজে নংঙোন্দা ফোংদোকপিখিবা অদুদা অমসুং নংগী মমাংদা (হান্না) ফোংদোকপিখিবা অদুদসু, অমসুং মখোই নমাজ তেক্তবশিংনি অমসুং জকাত পীবশিংনি অসুং (তশেংনা) থাজবশিংনি অল্লাহ অমসুং অরোয়বা নুমিৎপু। মখোইসিবুনি ঐখোইনা পীবিগদৌরিবা অচৌবা মনা-মথিন।

২৩ শুবা রুকূ

اِنَّآ اَوْحَيْنَآ اِلَيْكَ كَمَآ اَوْحَيْنَآ اِلٰى نُوْحٍ وَّالنَّبِيّٖنَ مِنْ بَعْدِهٖ ۚ وَاَوْحَيْنَآ اِلٰٓى اِبْرٰهِيْمَ وَاِسْمٰعِيْلَ وَاِسْحٰقَ وَيَعْقُوْبَ وَالْاَسْبَاطِ وَعِيْسٰى وَاَيُّوْبَ وَيُوْنُسَ وَهٰرُوْنَ وَسُلَيْمٰنَ ۚ وَاٰتَيْنَا دَاوٗدَ زَبُوْرًا ﴿١٦٣﴾

১৬৪। থাঙ্গৈশেংবমক ঐখোইনা ফোংদোকপিখি ৱাপাও নংঙোন্দা, ঐখোইনা ফোংদোকপিখিবগুম নুহদা অমসুং মহাক্কী মতুংদা (লাকখিবা) নবীশিংদা; অমসুং ঐখোইনা ফোংদোকপিখি (ৱাপাও) ইব্রাহীমদা অমসুং ইসমাঈলদা অমসুং ইসহাকদা অমসুং য়াকুবদা অমসুং মচা-মশুশিংদা অমসুং ঈসাদা অমসুং ঐয়ুবদা অমসুং য়ুনুসদা অমসুং হারুন্দা অমসুং সুলৈমান্দা, অমসুং ঐখোইনা পীখি দাউদদা কিতাব অমা;

১৬৫। অমসুং (ঐখোইনা থাখি) রসুল খরা মখোইবু ঐখোইনা হান্না লীবিখ্রে নংঙোন্দা অমসুং রসুল খরা মখোইবু ঐখোইনা লীবিদরি নংঙোন্দা। অদুগা অল্লাহনা রা ঙাঙবিখি মুসাদা, রারী শাবিদুনা।

وَرُسُلًا قَدْ قَصَصْنٰهُمْ عَلَيْكَ مِنْ قَبْلُ وَرُسُلًا لَّمْ نَقْصُصْهُمْ عَلَيْكَ ۗ وَكَلَّمَ اللّٰهُ مُوْسٰى تَكْلِيْمًا ﴿١٦٤﴾

১৬৬। রসুলশিং হরাওবা পাও পুরকপশিংনি অমসুং চেকশন-রা-হায়বশিংনি, অদুনা তাইবঙ মীওইবশিংনা মরম ফংদনবা অল্লাহবু দোশ তৌনবগী রসুলশিং লাকখ্রবগী মতুংদা। অদুগা অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

رُسُلًا مُّبَشِّرِيْنَ وَمُنْذِرِيْنَ لِئَلَّا يَكُوْنَ لِلنَّاسِ عَلَى اللّٰهِ حُجَّةٌۢ بَعْدَ الرُّسُلِ ۗ وَكَانَ اللّٰهُ عَزِيْزًا حَكِيْمًا ﴿١٦٥﴾

১৬৭। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা সাক্ষীনি মহাকনা ফোংদোকপিখিবা (রাপাও) গী নংঙোন্দা মদু মহাকনা ফোংদোকপিখি মহাক্কী খ্যান্না অমসুং ফরিশতহশিংসু সাক্ষীনি (মদুগী)। অদুগা অল্লাহনা ওকলে সাক্ষী ওইবদা।

لٰكِنِ اللّٰهُ يَشْهَدُ بِمَآ اَنْزَلَ اِلَيْكَ اَنْزَلَهٗ بِعِلْمِهٖ ۚ وَالْمَلٰٓئِكَةُ يَشْهَدُوْنَ ۗ وَكَفٰى بِاللّٰهِ شَهِيْدًا ﴿١٦٦﴾

১৬৮। তশেংবমক অদুগুম্বা মীওইশিং লমফে-খোঙফম্নবা অমসুং (মীশিংবু) থত্তোকপা অল্লাহগী লম্বীদগী, মখোই তশেংবমক লম হেন্না শেরান্নরবনি।

اِنَّ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا وَصَدُّوْا عَنْ سَبِيْلِ اللّٰهِ قَدْ ضَلُّوْا ضَلٰلًاۢ بَعِيْدًا ﴿١٦٧﴾

১৬৯। তশেংবমক অদুগুম্বা মীওইশিং লমফে-খোঙফম্নবা অমসুং অরানবা লম্বীনবা, মখোইদো অল্লাহনা কদৌনুংদসু কোকপিরোই মখোইবু নত্তুগা লমজিংবিরোই মখোইবু করিগুম্বা লম্বী অমদা—

اِنَّ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا وَظَلَمُوْا لَمْ يَكُنِ اللّٰهُ لِيَغْفِرَ لَهُمْ وَلَا لِيَهْدِيَهُمْ طَرِيْقًا ﴿١٦٨﴾

১৭০। নত্তনা যম লৈবাক্কী লম্বীদা, মনুং অদুদা মখোই লৈরগনি মতম কুইনা; অমসুং মদু ঈলায়-লায়বনি অল্লাহদা।

اِلَّا طَرِيْقَ جَهَنَّمَ خٰلِدِيْنَ فِيْهَآ اَبَدًا ۗ وَكَانَ ذٰلِكَ عَلَى اللّٰهِ يَسِيْرًا ﴿١٦٩﴾

১৭১। হে মীওইবশিং! থাঙ্গেশেংবমক লাকখ্ররনি রসুলদু নখোইদা লোয়ননা অচুম্বগা নখোইগী মপুদগী; মরম অদুনা থাজৌ (মহাকপু) নখোইগী অফবা ওইনবগী। তৌইগুম্বসুং নখোইনা নিন্দা তৌরবদি তশেংবমক অল্লাহগীনি আসমান অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা-পুম্বা। অদুগা অল্লাহদি

يٰٓاَيُّهَا النَّاسُ قَدْ جَآءَكُمُ الرَّسُوْلُ بِالْحَقِّ مِنْ رَّبِّكُمْ فَاٰمِنُوْا خَيْرًا لَّكُمْ ۗ وَاِنْ تَكْفُرُوْا فَاِنَّ لِلّٰهِ مَا

فِي السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۭ وَكَانَ اللّٰهُ عَلِيْمًا حَكِيْمًا ﴿١٧٠﴾

(নখোইনা তৌবা) পুম্নমক ইখঙ-খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

يٰٓاَهْلَ الْكِتٰبِ لَا تَغْلُوْا فِيْ دِيْنِكُمْ وَلَا تَقُوْلُوْا عَلَى اللّٰهِ اِلَّا الْحَقَّ ۭ اِنَّمَا الْمَسِيْحُ عِيْسَى ابْنُ مَرْيَمَ رَسُوْلُ اللّٰهِ وَكَلِمَتُهٗ ۚ اَلْقٰىهَآ اِلٰى مَرْيَمَ وَرُوْحٌ مِّنْهُ ۡ فَاٰمِنُوْا بِاللّٰهِ وَرُسُلِهٖ ڣ وَلَا تَقُوْلُوْا ثَلٰثَةٌ ۭ اِنْتَهُوْا خَيْرًا لَّكُمْ ۭ اِنَّمَا اللّٰهُ اِلٰهٌ وَّاحِدٌ ۭ سُبْحٰنَهٗٓ اَنْ يَّكُوْنَ لَهٗ وَلَدٌ ۘ لَهٗ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَمَا فِي الْاَرْضِ ۭ وَكَفٰى بِاللّٰهِ وَكِيْلًا ﴿١٧١﴾

১৭২। হে কিতাব ফংখিবা মীশিং! কা হেন্দোক্তনু ধর্ম্মদা অমসুং ঙাঙ-শক্তনু করিগুম্বা অমতা অল্লাহগী মরমদা অচুম্বা নত্তনা। থাঙ্গৈশেংবমক মসীহ ঈসা, মরয়মগী মচানিপা, রসুল (তমক) নি অল্লাহগী অমসুং (থুংহনখিবনি) ৱাহৈ অমা মহাকনা মরয়মদা খঙহনবিখিবা, অমসুং থৌজালনি মহাক্কী মায়কৈদগী। মরম অদুনা থাজৌ অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুলশিংবু, অমসুং হায়গনু (খুদা) অহুমনি। তোকও (অসুম্না ঙাঙ-শকপা), অদুনা ফবা হেনগনি নখোইগী। থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহদি চাঙু লাই অমতনি। শেংখ্রেদা মহাক্তি—মচানিপা অমা মহাক্কী লৈগনি হায়বসি (ওইথোক্তে)। মহাক্কীনি আসমান্দা লৈরিবা-পুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা-পুম্বা। অদুগা অল্লাহনা ওকলে ঙাকপি শেনবিবা ওইবদা (পুম্নমক্কী)।

২৪ শুবা রুকূ

لَنْ يَّسْتَنْكِفَ الْمَسِيْحُ اَنْ يَّكُوْنَ عَبْدًا لِّلّٰهِ وَلَا الْمَلٰۗىِٕكَةُ الْمُقَرَّبُوْنَ ۭ وَمَنْ يَّسْتَنْكِفْ عَنْ عِبَادَتِهٖ وَيَسْتَكْبِرْ فَسَيَحْشُرُهُمْ اِلَيْهِ جَمِيْعًا ﴿١٧٢﴾

১৭৩। কদৌনুংদসু মসীহনা হঙ্গোয়বা লৈতে মনাই অমা ওইবদা অল্লাহগী নত্ত্রগা (অল্লাহগী) মনাক নকপা ফরিশতহশিংনা তৌদে মদু। অদুগা কনাগুম্বনা হঙ্গোয়রবদি মহাক্কী ভক্তি তৌবা অমসুং পোংথোক-চাউথোকপনা চেংলৌ মশক ওইনরবদি, মহাকনা পুল্লপ খোমজিনবিগনি মখোইবু মহাক্কী মনাক্তা।

فَاَمَّا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ فَيُوَفِّيْهِمْ اُجُوْرَهُمْ وَيَزِيْدُهُمْ مِّنْ فَضْلِهٖ ۚ وَاَمَّا الَّذِيْنَ اسْتَنْكَفُوْا وَاسْتَكْبَرُوْا فَيُعَذِّبُهُمْ عَذَابًا اَلِيْمًا ڏ وَّلَا يَجِدُوْنَ

১৭৪। মরম অদুনা অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা অচুম্বা থাজরবা অমসুং অফবা-থবকশিং তৌরবা, মহাকনা পীবিগনি মখোইবু মনা-মথিন পুরা-পুরা, অমসুং খরা হেন্না থোইনসু পীবিগনি মখোইদা মহাক্কী থৌজালনা; তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা হঙ্গোয়রম্বা অমসুং থোইজৎ-রংজৎনরম্বা (মহাক্কী থৌগল তৌবদা), মহাকনা

لَهُمْ مِّنْ دُوْنِ اللّٰهِ وَلِيًّا وَّلَا نَصِيْرًا ﴿١٧٤﴾

রারকপিগনি মখোইবু থাবিদুনা অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক। অদুগা মখোইনা ফংলরোই মখোইগীনি হায়বা অল্লাহ নত্তবা মরূপ নত্তগা তেংবাংবিনবা কনামতা।

يٰٓاَيُّهَا النَّاسُ قَدْ جَآءَكُمْ بُرْهَانٌ مِّنْ رَّبِّكُمْ وَاَنْزَلْنَآ اِلَيْكُمْ نُوْرًا مُّبِيْنًا ﴿١٧٥﴾

১৭৫। হে মীওইবশিং! তশেং-তশেংবা দলিল অমা থাঙ্গেশেংবমক লাকখ্রবনি নখোইদা নখোইগী মপুদগী, অমসুং ঐখোইনা থাবিখি নখোইদা তরং-তরংবা মঙাল অমা।

فَاَمَّا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا بِاللّٰهِ وَاعْتَصَمُوْا بِهٖ فَسَيُدْخِلُهُمْ فِيْ رَحْمَةٍ مِّنْهُ وَفَضْلٍ وَّيَهْدِيْهِمْ اِلَيْهِ صِرَاطًا مُّسْتَقِيْمًا ﴿١٧٦﴾

১৭৬। মরম অদুনা, অদুগুম্বা মীওইবশিং মখোইনা (চপচানা) থাজরবা অল্লাহবু অমসুং চেৎনা পায়রবদি মহাকপু, মহাকনা চঙহনবিগনি মখোইবু মহাক্কী ঙাকপিবা অমসুং থৌজাল (গী লাইজা ঈরেলপুং) দা, অমসুং লমজিংবিগনি মখোইবু মহাক্কী মায়কৈদা অচুম্বা লম্বীদা।

يَسْتَفْتُوْنَكَ قُلِ اللّٰهُ يُفْتِيْكُمْ فِي الْكَلٰلَةِ اِنِ امْرُؤٌا هَلَكَ لَيْسَ لَهٗ وَلَدٌ وَّلَهٗٓ اُخْتٌ فَلَهَا نِصْفُ مَا تَرَكَ وَهُوَ يَرِثُهَآ اِنْ لَّمْ يَكُنْ لَّهَا وَلَدٌ فَاِنْ كَانَتَا اثْنَتَيْنِ فَلَهُمَا الثُّلُثٰنِ مِمَّا تَرَكَ وَاِنْ كَانُوْٓا اِخْوَةً رِّجَالًا وَّنِسَآءً فَلِلذَّكَرِ مِثْلُ حَظِّ الْاُنْثَيَيْنِ يُبَيِّنُ اللّٰهُ لَكُمْ اَنْ تَضِلُّوْا وَاللّٰهُ بِكُلِّ شَيْءٍ عَلِيْمٌ ﴿١٧٧﴾

১৭৭। মখোইনা রা হংলি নংঙোন্দা (ইসলামী লোগী) রারেপ (কলালহ'গী মতাংদা)। হায়য়ু : "অল্লাহনা ময়াথং তাকপিরি নখোইদা 'কলালহ'গী মরমদা। অসিগুম্বা মী অমা শিখ্রে, মচা লৈহৌদ্রে তৌইগুম্বসুং মচে নত্তগা মচন অমা লৈহৌরে, অদু ওইরবদি মহাকনা ফংগনি তংখায় অমা থরম্বা মালগী, অমসুং (ময়াম্বা) মহাকনা মাগী রারিস ওইগনি, মানা মচা থরমদ্রবদি। তৌইগুম্বসুং মচে নত্তগা মচন অনি লৈহৌরবদি, মখোইনা ফংগনি শরুক অহুম থোকপগী অনি মহাকনা থরম্বা মালগী। অদুগা মচিন মনাওশিং— নিপাশিং অমসুং নুপীশিং (না রারিস ওইরবদি), নিপানা ফংগনি নুপী অনিগী শরুক। অল্লাহনা কুপ্পা তাকপিরি নখোইদা অদুনা নখোই ফৈরেংনদনবা। অদুগা অল্লাহদি ইখঙ-খঙবনি পোৎ পুম্নমক।

سُوْرَةُ الْمَآئِدَةِ مَدَنِيَّةٌ (٥)

সূরহ ৫ অল-মাইদহ

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ১২১নি)

১ নবা রুকূ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। হে অচুম্বা থাজবশিং! পুরা তৌ নখোইগী লেপ্পবা ৱাশিং। হলাল ওইহনবিখ্রে নখোইদা (চিঙ্জাক্লীদমক) য়ুমশাশিং নখোইদা তাকখ্রবা (তোকও হায়বা শাশিং) অদু নত্তনা, (তৌই-গুম্বসুং) নখোইনা শিকার তৌবা হলাল ওইদে নখোইনা তীর্থ চৎলিঙৈগী ফিবমদা। তশেংবমক অল্লাহনা য়াথংনবি মহাকনা অপাম্বতা।

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْٓا اَوْفُوْا بِالْعُقُوْدِ ۗ اُحِلَّتْ لَكُمْ بَهِيْمَةُ الْاَنْعَامِ اِلَّا مَا يُتْلٰى عَلَيْكُمْ غَيْرَ مُحِلِّى الصَّيْدِ وَاَنْتُمْ حُرُمٌ ۗ اِنَّ اللّٰهَ يَحْكُمُ مَا يُرِيْدُ ②

৩। হে অচুম্বা থাজবশিং! মাংথোক্কনু অল্লাহগী খুদমশিংবু, নত্ত্রগা অশেংবা লোইদাম থাজাবু, নত্ত্রগা কুরবানী তৌনবা পুরকপা শাশিংবু, নত্ত্রগা (উটশিং) মঙক্তা লৈ পরেং শিববু, নত্ত্রগা অশেংবা য়ুমজাওদা তীর্থ চৎপশিংবু, থিবগী থৌজাল অমসুং য়াবিবা মখোইগী মপুগী। অদুগা নখোইনা তীর্থগী ফিজেৎ লৌথোকলবা মতমদা (অমসুং হরমগী পনখৈ লাথোকলগা) শিকার তৌবা য়াই। অদুগা কনাগুম্বা কাওলুপ অমবু য়েংথীবগী ৱাখল ঈপোম্মদুনা— মরমদি (মমাংঙৈদা) মখোইনা থিংখি নখোইবু অশেংবা মসজিদদগী, নপুকনিং থৌগৎকনু কা হেনবা থবক তৌনবগী (মখোইগী মথক্তা)। অদুগা তেংবাংঙু অমনা অমগী অচুম্বা অমসুং ধর্ম্ম লৈবা থবক্তা, তৌইগুম্বসুং তেংবাংলু-গনু অমনা অমগী পাপ অমসুং কা হেনবা থবক্তা; অমসুং অল্লাহবু কিয়ু। তশেংবমক অল্লাহদি শাথীবনি ৱায়েল-চৈরাক পীবদা।

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا لَا تُحِلُّوْا شَعَآئِرَ اللّٰهِ وَلَا الشَّهْرَ الْحَرَامَ وَلَا الْهَدْىَ وَلَا الْقَلَآئِدَ وَلَآ اٰمِّيْنَ الْبَيْتَ الْحَرَامَ يَبْتَغُوْنَ فَضْلًا مِّنْ رَّبِّهِمْ وَرِضْوَانًا ۗ وَاِذَا حَلَلْتُمْ فَاصْطَادُوْا ۗ وَلَا يَجْرِمَنَّكُمْ شَنَاٰنُ قَوْمٍ اَنْ صَدُّوْكُمْ عَنِ الْمَسْجِدِ الْحَرَامِ اَنْ تَعْتَدُوْا ۘ وَتَعَاوَنُوْا عَلَى الْبِرِّ وَالتَّقْوٰى ۖ وَلَا تَعَاوَنُوْا عَلَى الْاِثْمِ وَالْعُدْوَانِ ۖ وَاتَّقُوا اللّٰهَ ۗ اِنَّ اللّٰهَ شَدِيْدُ الْعِقَابِ ③

৪। নখোইদা থিংখিবদি ঃ মশানা শিজবা শা, অমসুং ঈ অমসুং ওকশা, অমসুং অল্লাহ নত্তবা

حُرِّمَتْ عَلَيْكُمُ الْمَيْتَةُ وَالدَّمُ وَلَحْمُ الْخِنْزِيْرِ وَ

অতৈ অতোম্পগী মমিং লৌদুনা হাৎখ্রববশিং, অমসুং মৰৌরি চরম মেৎতুনা হাৎখ্রবা, অমসুং ফুদুনা হাৎখ্রবা, অমসুং অৱাংবদগী তাদুনা শিখ্রবা, অমসুং মচিনা থিনগায়দুনা হাৎখ্রবা, অমসুং লমশানা (মচেৎ অমা) চাখ্রবা, নত্তুনা নখোই নশানা জবহ তৌখ্রবা ঃ অমসুং (দেবীশিংদা কত্তুনা) বলি তৌফমদা হাৎখ্রবা, অমসুং লায়বক খেল য়েংনবগী তৌপ্পেনা শরুক থোক্লা খায়দোকখ্রবা (শা) পুম্নমকসি (চাবা) পাপনি। ঙসি কোরৌ নোংজাদা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা আশা কায়খ্রে (মাঙহনবা ঙমগনি হায়বগী) নখোইগী ধৰ্ম্ম, মরম অদুনা কিগনু মখোইবু, তৌইগুম্বসুং কিয়ু ঐহাকপু। ঙসি নুমিত্তা ঐনা মপুং ফাহনবিখ্রে নখোইগী ধৰ্ম্ম নখোইগীদমক্তা অমসুং পুরা তৌবিখ্রে ঐগী থৌজালসু নখোইগী নথক্তা অমসুং খনবিখ্রে ইসলামবু নখোইগী ধৰ্ম্ম ওইনা। তৌইগুম্বসুং চরাম চদৎনরবা মীনা অরাম্বগী মৈচাক্লা (থিংখ্রবা চিঙ্গাক করিগুম্বা চারুরবদি) পাপ তৌরগে হায়বগী পুকচেন চেন্দ্রবদি, মওং মতাদুদা, অল্লাহদি তশেংনমক য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

مَآ أُهِلَّ لِغَيْرِ اللّٰهِ بِهٖ وَالْمُنْخَنِقَةُ وَالْمَوْقُوْذَةُ وَالْمُتَرَدِّيَةُ وَالنَّطِيْحَةُ وَمَآ أَكَلَ السَّبُعُ إِلَّا مَا ذَكَّيْتُمْ وَمَا ذُبِحَ عَلَى النُّصُبِ وَأَنْ تَسْتَقْسِمُوْا بِالْأَزْلَامِ ذٰلِكُمْ فِسْقٌ اَلْيَوْمَ يَئِسَ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا مِنْ دِيْنِكُمْ فَلَا تَخْشَوْهُمْ وَاخْشَوْنِ اَلْيَوْمَ أَكْمَلْتُ لَكُمْ دِيْنَكُمْ وَأَتْمَمْتُ عَلَيْكُمْ نِعْمَتِيْ وَرَضِيْتُ لَكُمُ الْإِسْلَامَ دِيْنًا فَمَنِ اضْطُرَّ فِيْ مَخْمَصَةٍ غَيْرَ مُتَجَانِفٍ لِّإِثْمٍ فَإِنَّ اللّٰهَ غَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ③

৫। মখোইনা ৱা হংলি নংঙোন্দা মখোইনা করি (চিঙ্গাক) চাবা য়াগনি হায়বগী মরমদা। হায়যু ঃ হলাল ওইহন্‌বিখ্রে অশেংবা পোৎ পুম্নমক নখোইগীদমক, অমসুং নখোইনা তম্বিখ্রবা শিকারী শাশিং অমসুং উচেকশিং (নখোইগী) শিকার তৌনবা—নখোইনা তম্বি মখোইবু অল্লাহনা তম্বিখিবদু নখোইবু। মরম অদুনা চাও মখোইনা ফারকপদু নখোইগীদমক অমসুং শোল্লু অল্লাহগী কোলোয় মিংলেন মদুগী মথক্তা (জবহ তৌবা মতমদা)। অদুগা অল্লাহবু কিয়ু। তশেংবমক অল্লাহদি থুবনি হিসাব লৌবদা।

يَسْـَٔلُوْنَكَ مَاذَآ أُحِلَّ لَهُمْ قُلْ أُحِلَّ لَكُمُ الطَّيِّبٰتُ وَمَا عَلَّمْتُمْ مِّنَ الْجَوَارِحِ مُكَلِّبِيْنَ تُعَلِّمُوْنَهُنَّ مِمَّا عَلَّمَكُمُ اللّٰهُ فَكُلُوْا مِمَّآ أَمْسَكْنَ عَلَيْكُمْ وَاذْكُرُوا اسْمَ اللّٰهِ عَلَيْهِ وَاتَّقُوا اللّٰهَ إِنَّ اللّٰهَ سَرِيْعُ الْحِسَابِ ④

৬। ঙসি নুমিত্তা হলাল ওইহনবিখ্রে নখোইগী-

اَلْيَوْمَ أُحِلَّ لَكُمُ الطَّيِّبٰتُ وَطَعَامُ الَّذِيْنَ أُوْتُوا الْكِتٰبَ

حِلٌّ لَّكُمْ وَطَعَامُكُمْ حِلٌّ لَّهُمْ وَالْمُحْصَنٰتُ مِنَ الْمُؤْمِنٰتِ وَالْمُحْصَنٰتُ مِنَ الَّذِيْنَ اُوْتُوا الْكِتٰبَ مِنْ قَبْلِكُمْ اِذَآ اٰتَيْتُمُوْهُنَّ اُجُوْرَهُنَّ مُحْصِنِيْنَ غَيْرَ مُسٰفِحِيْنَ وَلَا مُتَّخِذِيْٓ اَخْدَانٍ ۗ وَمَنْ يَّكْفُرْ بِالْاِيْمَانِ فَقَدْ حَبِطَ عَمَلُهٗ ۡ وَهُوَ فِى الْاٰخِرَةِ مِنَ الْخٰسِرِيْنَ ۝٦

দমক অশেংবা পোৎ পুম্নমক। অদুগা কিতাব (হান্না) ফংখিবা মীশিংগী চিঞ্জাক অদু হলালনি নখোইগীদমক, অমসুং নখোইগী চিঞ্জাকসু হলালনি মখোইগীদমক। অদুগা ধর্ম্ম কায়দবীশিং ঈমান্দারী নুপীশিংগী মরক্তগী অমসুং ধর্ম্ম কায়-দবীশিং কিতাব (হান্না) ফংখিবা মীশিংগী মরক্তগী নখোইনা (নিকাহ তৌবা হলালনি), মখোইদা মুহর আনা পীরগা, শেংনা লৈমিন্নৌ (চুম্না লুহোংদুনা), লান্নবদি তৌগনু নত্তগা লোন্না পান্নগনু মখোইবু মরুপ্পী ওইনা। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা (মপুকনিং লোংদুনা) থাদোক্লবদি ঈমান, তশেংবমক মহাক্কী থবক (পুম্নমক) করিসু কান্নদ্রে; অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদা মহাক তিনগনি মরক্তা অমাঙবা খোঙফম্নবশিংগী।

২ শুবা রুকূ

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْٓا اِذَا قُمْتُمْ اِلَى الصَّلٰوةِ فَاغْسِلُوْا وُجُوْهَكُمْ وَاَيْدِيَكُمْ اِلَى الْمَرَافِقِ وَامْسَحُوْا بِرُءُوْسِكُمْ وَاَرْجُلَكُمْ اِلَى الْكَعْبَيْنِ ۗ وَاِنْ كُنْتُمْ جُنُبًا فَاطَّهَّرُوْا ۗ وَاِنْ كُنْتُمْ مَّرْضٰٓى اَوْ عَلٰى سَفَرٍ اَوْ جَآءَ اَحَدٌ مِّنْكُمْ مِّنَ الْغَآئِطِ اَوْ لٰمَسْتُمُ النِّسَآءَ فَلَمْ تَجِدُوْا مَآءً فَتَيَمَّمُوْا صَعِيْدًا طَيِّبًا فَامْسَحُوْا بِوُجُوْهِكُمْ وَاَيْدِيْكُمْ مِّنْهُ ۗ مَا يُرِيْدُ اللّٰهُ لِيَجْعَلَ عَلَيْكُمْ مِّنْ حَرَجٍ وَّلٰكِنْ يُّرِيْدُ لِيُطَهِّرَكُمْ وَلِيُتِمَّ نِعْمَتَهٗ عَلَيْكُمْ لَعَلَّكُمْ تَشْكُرُوْنَ ۝٧

৭। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোইনা নমাজগীদমক হৌগৎপা মতমদা, চামখোকও নমায়শিং অমসুং নখুৎশিং খুনিং ফাওবা অমসুং নাপ্থোকও নকোকশিং অমসুং (হামদোকও) নখোঙশিং খুমিৎশিং য়ৌনা। অদুগা নখোই নশা মাংলবদি, শেংদোকও নশা-পুম্বা (পুমলুপ-লুপনা ঈরুজখোক্তুনা)। অদুগা করিগুম্বা নখোই নারবা নত্তগা লংফৈ থোক্লবদি (নশা মাংনা) নত্তগা পাইখানহ (চঙলুব) দগী থোরকপদা নত্তগা নুপীদা নাওচন লীলা শান্নরুরবা (মতুং) দা, নখোইনা ঈশিং ফংদ্রবদি, উফুল অশেংবা (খরা) লৌরগা নাপ্থোকও নমায়শিং অমসুং নখুৎশিং। অল্লাহনা থোনগৎপিনীংদে অরাবা নখোইগী নথক্তা, তৌইগুম্বসুং মহাকনা শেংদোকপিনীংই নখোইবু অমসুং থুংহনবিনীংই মহাক্কী থৌজাল মপুংফানা নখোইগী নথক্তা, অদুনা নখোইনা উৎচনবা তৌবিমল খঙবা।

وَاذْكُرُوْا نِعْمَةَ اللّٰهِ عَلَيْكُمْ وَمِيْثَاقَهُ الَّذِيْ وَاثَقَكُمْ

৮। অদুগা নীংশিঙজু অল্লাহগী থৌজাল নখোইগী

نথক্তা (থাবিখিবদু) অমসুং মহাক্কী ৱাশক মদুনা মহাকনা পুনখিবদু নখোইবু, মতম অদুমক্তদা নখোইনা হায়খিঃ "ঐখোইনা তাজরে অমসুং ঐখোইনা হায়বা ইনজরে।" অদুগা অল্লাহবু কিয়ু। তশেংবমক অল্লাহদি ইখঙ-খঙবনি (মীশিংগী) থবাক মনুংদা লৈবশিং।

بِهٖٓ ۙ اِذْ قُلْتُمْ سَمِعْنَا وَاَطَعْنَا ۡ وَاتَّقُوا اللّٰهَ ۭ اِنَّ اللّٰهَ عَلِيْمٌۢ بِذَاتِ الصُّدُوْرِ ⑧

৯। হে অচুম্বা থাজবশিং! নপুকচেন তিংথোকও অল্লাহগীদমক সাক্ষী পীবদা অচুম্বগা লোয়ননা; অমসুং কনাগুম্বা কাঙলুপ অমবু য়েংথীবগী ৱাখল ঈপোম্নদুনা নপুকনিং থৌগাৎকনু চুমদনা তৌবদা। মতম লৈবা খিবিক্তা অচুম্বা তৌ, মদু পুণ্য লৈবগা হেন্না নকশিন্নে। অদুগা অল্লাহবু কিয়ু; তশেংবমক অল্লাহদি খবরৱালানি নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا كُوْنُوْا قَوّٰمِيْنَ لِلّٰهِ شُهَدَاۗءَ بِالْقِسْطِ ۡ وَلَا يَجْرِمَنَّكُمْ شَنَاٰنُ قَوْمٍ عَلٰٓي اَلَّا تَعْدِلُوْا ۭ اِعْدِلُوْا ۣ هُوَ اَقْرَبُ لِلتَّقْوٰى ۡ وَاتَّقُوا اللّٰهَ ۭ اِنَّ اللّٰهَ خَبِيْرٌۢ بِمَا تَعْمَلُوْنَ ⑨

১০। অল্লাহনা ৱাশকপিখ্রে অচুম্বা থাজখ্রবা অমসুং অফবা থবকশিং তৌবদা মদুদি মখোই ফংগনি (অয়োন-অরান) কোকপিবা অমসুং অচৌবা মনা-মথিন।

وَعَدَ اللّٰهُ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ ۙ لَهُمْ مَّغْفِرَةٌ وَّاَجْرٌ عَظِيْمٌ ⑩

১১। তৌইগুম্বসুং লমফে-খোঙফম্নবশিং অমসুং ঐখোইগী পাওজেনশিংবু চুমদনা হায়জিনবশিং, মখোইদো মরূপশিংনি খাম্বি মৈত্রেং অরাবগী।

وَالَّذِيْنَ كَفَرُوْا وَكَذَّبُوْا بِاٰيٰتِنَآ اُولٰۗىِٕكَ اَصْحٰبُ الْجَحِيْمِ ⑪

১২। হে অচুম্বা থাজবশিং! নীংশিঙঙু অল্লাহগী থৌজাল তৌবিখিবদু নখোইগী নথক্তা (য়হুদী) কাঙলুপ অমনা নীংখিবদা মখোইগী মখুৎশিং তিংথোক্কদবগী নখোইগী নথক্তা, তৌইগুম্বসুং মহাকনা বন্দ তৌশিনবিখি মখোইগী মখুৎশিং নখোইদগী অমসুং অল্লাহবু কিয়ু। অদুগা অল্লাহদা আশা তৌগাদবনি অচুম্বা থাজবশিংনা।

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوا اذْكُرُوْا نِعْمَتَ اللّٰهِ عَلَيْكُمْ اِذْ هَمَّ قَوْمٌ اَنْ يَّبْسُطُوْٓا اِلَيْكُمْ اَيْدِيَهُمْ فَكَفَّ اَيْدِيَهُمْ عَنْكُمْ ۚ وَاتَّقُوا اللّٰهَ ۭ وَعَلَي اللّٰهِ فَلْيَتَوَكَّلِ الْمُؤْمِنُوْنَ ⑫ ع

৩ শুবা রুকূ

১৩। অদুগা তশেংবমক অল্লাহনা লৌবিখি ৱাশক অমা ইস্রাঈল মচাশিংদগী অমসুং ঐখোইনা শেম্বিখি মখোইগী মরক্তা লুচিংবা তরানিথোই

وَلَقَدْ اَخَذَ اللّٰهُ مِيْثَاقَ بَنِيْٓ اِسْرَاۗءِيْلَ ۚ وَبَعَثْنَا مِنْهُمُ

اثْنَيْ عَشَرَ نَقِيبًا ۖ وَقَالَ اللَّهُ إِنِّي مَعَكُمْ ۖ لَئِنْ أَقَمْتُمُ الصَّلَاةَ وَآتَيْتُمُ الزَّكَاةَ وَآمَنْتُمْ بِرُسُلِي وَعَزَّرْتُمُوهُمْ وَأَقْرَضْتُمُ اللَّهَ قَرْضًا حَسَنًا لَأُكَفِّرَنَّ عَنْكُمْ سَيِّئَاتِكُمْ وَلَأُدْخِلَنَّكُمْ جَنَّاتٍ تَجْرِي مِنْ تَحْتِهَا الْأَنْهَارُ ۚ فَمَنْ كَفَرَ بَعْدَ ذَٰلِكَ مِنْكُمْ فَقَدْ ضَلَّ سَوَاءَ السَّبِيلِ ⑫

অদুগা অল্লাহনা হায়বিখিঃ "তশেংবমক ঐনা লোয়নবিরি নখোইগা। নখোইনা পুকনিং চঙলবদি নমাজদা অমসুং পীরবদি জকাত অমসুং থাজরবদি ঐগী রসুলশিংবু অমসুং তেংবাংলবদি মখোইবু অমসুং শেল নিংথীজনা পুথোকলবদি অল্লাহদা, ঐনা লৌথোকপিগনি নখোইদগী নখোইগী ফত্তবশিং অমসুং চঙহনবিগনি নখোইবু স্বর্গ লৈকোল্লুংশিংদাঃ মখা অদুদা তুরেলশিং ঈচেল্লি। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা নখোইগী মরক্তগী হায়বা ইনদরবদি মসিগী মতুংদা, মহাক থাঙ্গৈমকশেংনা লম শেরাম্লনা চথোকখ্রবনি অচুম্বা লম্বীদগী।

فَبِمَا نَقْضِهِمْ مِيثَاقَهُمْ لَعَنَّاهُمْ وَجَعَلْنَا قُلُوبَهُمْ قَاسِيَةً ۖ يُحَرِّفُونَ الْكَلِمَ عَنْ مَوَاضِعِهِ ۙ وَنَسُوا حَظًّا مِمَّا ذُكِّرُوا بِهِ ۚ وَلَا تَزَالُ تَطَّلِعُ عَلَىٰ خَائِنَةٍ مِنْهُمْ إِلَّا قَلِيلًا مِنْهُمْ ۖ فَاعْفُ عَنْهُمْ وَاصْفَحْ ۚ إِنَّ اللَّهَ يُحِبُّ الْمُحْسِنِينَ ⑬

১৪। মরম অদুনা, মখোইনা ৱাশক থুগায়খিবগী মরম্না, ঐখোইনা সিরাপ তৌবিখি মখোইবু অমসুং কনশিনহনবিখি মখোইগী মথম্মোইশিং। মখোইনা ওথোক-ওনশিন তৌই (কিতাবকী) ৱাহৈশিং (ৱারেং) মফমশিংদগী অমসুং কাউখ্রে মখোইদা পাওতাকখিবা অদুগী (অফবা) শরুক অমা। অদুগা নংনা ফংবা লেপ্লরোই (অনৌ-অনৌবা) নমথাক মখোইদগী নত্তনা মখোই খরদা। মরম অদুনা ঙাকপিয়ু মখোইবু অমসুং য়েংশনগনু মখোইবু। তশেংবমক অল্লাহনা নুংশিবি অফবা খানবশিংবু (অতোপ্পদা)।

وَمِنَ الَّذِينَ قَالُوا إِنَّا نَصَارَىٰ أَخَذْنَا مِيثَاقَهُمْ فَنَسُوا حَظًّا مِمَّا ذُكِّرُوا بِهِ فَأَغْرَيْنَا بَيْنَهُمُ الْعَدَاوَةَ وَالْبَغْضَاءَ إِلَىٰ يَوْمِ الْقِيَامَةِ ۚ وَسَوْفَ يُنَبِّئُهُمُ اللَّهُ بِمَا كَانُوا يَصْنَعُونَ ⑭

১৫। অদুগা অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা "ঐখোই খৃষ্টিয়ানশিংনি" হায়জবদগী, ঐখোইনা লৌবিখি মখোইগী ৱাশক, তৌইগুম্বসুং মখোইসু কাওথোকখ্রে (অফবা) শরুক অমা মখোইবু পাওতাকখিবা অদুগী। মরম অদুনা ঐখোইনা (মরু) হুনবিখ্রে য়েংথীনবা অমসুং তুক্কচবা মখোইগী মরক্তা কিয়ামত নুমিৎ ফাওবদা। অদুগা অল্লাহনা থুনা খঙহনবিগনি মখোইদা (অতাবি ফল) মখোইনা (মনীং তম্না) থবক তৌরম্বগী।

يَا أَهْلَ الْكِتَابِ قَدْ جَاءَكُمْ رَسُولُنَا يُبَيِّنُ لَكُمْ كَثِيرًا

১৬। হে কিতাব ফংখ্রবা মীশিং! থাঙ্গৈশেংবমক

ঐখোইগী রসুল লাকখ্রবনি নখোইদা, মহাকনা ফোংদোকপি নখোইনা লোৎশিন্দুনা থরম্বা কয়া (নখোইগী) কিতাবকী অমসুং থাদোকপি ৱারম কয়াসু। থাঙ্গৈশেংবমক লাকখ্রবনি নখোইদা অল্লাহদগী মঙাল অমা অমসুং তশেং-তশেংবা কিতাব অমা,

مِّمَّا كُنتُمْ تُخْفُونَ مِنَ الْكِتَٰبِ وَيَعْفُوا۟ عَن كَثِيرٍ ۚ قَدْ جَآءَكُم مِّنَ ٱللَّهِ نُورٌ وَكِتَٰبٌ مُّبِينٌ ﴿١٥﴾

১৭। মদুগী মতেংনা অল্লাহনা লমজিংবি মখোইদো—মখোইনা থিজে মহাক্কী য়াবিবা অঙৗংবা লম্বীশিং লম্বীনদুনা অমসুং পুথোকপি মখোইবু অমম্বদগী অঙানবদা মহাক্কী হুকুমনা, অমসুং লমজিংবি মখোইবু অচুম্বা লম্বীদা।

يَهْدِى بِهِ ٱللَّهُ مَنِ ٱتَّبَعَ رِضْوَٰنَهُۥ سُبُلَ ٱلسَّلَٰمِ وَيُخْرِجُهُم مِّنَ ٱلظُّلُمَٰتِ إِلَى ٱلنُّورِ بِإِذْنِهِۦ وَيَهْدِيهِمْ إِلَىٰ صِرَٰطٍ مُّسْتَقِيمٍ ﴿١٦﴾

১৮। থাঙ্গৈশেংবমক লমফৈ-খোঙফম্নরবনি মখোইদু—মখোইনা হায়ঃ "তশেংবমক, অল্লাহ মহাক মসীহনি, মরয়মগী মচানিপা।" হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "কনানা করি তৌবা ঙম্বগী মতিক লৈগনি অল্লাহগী মায়োক্তা, মহাকনা নীংলবদা মাঙহনগে হায়না মরয়মগী মচানিপা মসীহ অমসুং মহাক্কী পল্লেমবু অমসুং মালেমথক্তা লৈবা পুম্নমকবু?" অদুগা অল্লাহগী শাসননি আসমান অমসুং পৃথিবী অমসুং অনিগী মরক্তা লৈবসু। মহাকনা শেম-শাই মহাকনা অপাম্বতা। অদুগা অল্লাহদি শক্তি লৈবনি পাৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

لَّقَدْ كَفَرَ ٱلَّذِينَ قَالُوٓا۟ إِنَّ ٱللَّهَ هُوَ ٱلْمَسِيحُ ٱبْنُ مَرْيَمَ ۚ قُلْ فَمَن يَمْلِكُ مِنَ ٱللَّهِ شَيْـًٔا إِنْ أَرَادَ أَن يُهْلِكَ ٱلْمَسِيحَ ٱبْنَ مَرْيَمَ وَأُمَّهُۥ وَمَن فِى ٱلْأَرْضِ جَمِيعًا ۗ وَلِلَّهِ مُلْكُ ٱلسَّمَٰوَٰتِ وَٱلْأَرْضِ وَمَا بَيْنَهُمَا ۚ يَخْلُقُ مَا يَشَآءُ ۚ وَٱللَّهُ عَلَىٰ كُلِّ شَىْءٍ قَدِيرٌ ﴿١٧﴾

১৯। অদুগা য়হুদীশিং অমসুং খৃষ্টিয়ানশিংনা হায়ঃ "ঐখোই অল্লাহগী মচা নিপাশিংনি অমসুং মহাক্কী নুংশিবশিংনি।" হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "অদু ওইরবদি, করি মরমগী মহাকনা নখোইবু চৈরাক থাবগে নখোইগী নপাপশিংগী? মদু নত্তে, নখোইসু মীশিংনি মহাক্কী খুৎশেমগী মরক্তা।" মহাকনা ঙাকপি মহাকনা চানবিবা (মতিক চাবা) শিংবু অমসুং চৈরাক থাবি মহাকনা থাবিনীংবা (মতিক-থোকপা) শিংবু। অদুগা অল্লাহগী শাসননি আসমান অমসুং পৃথিবী অমসুং অনিগী মরক্তা

وَقَالَتِ ٱلْيَهُودُ وَٱلنَّصَٰرَىٰ نَحْنُ أَبْنَٰٓؤُا۟ ٱللَّهِ وَأَحِبَّٰٓؤُهُۥ ۚ قُلْ فَلِمَ يُعَذِّبُكُم بِذُنُوبِكُم ۖ بَلْ أَنتُم بَشَرٌ مِّمَّنْ خَلَقَ ۚ يَغْفِرُ لِمَن يَشَآءُ وَيُعَذِّبُ مَن يَشَآءُ ۚ وَلِلَّهِ مُلْكُ

লৈবসু; অমসুং মহাক্কী মায়কৈদা হনজিনগনি (পুম্নমক)।

السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ وَمَا بَيْنَهُمَا ۡوَاِلَيْهِ الْمَصِيْرُ ⑲

২০। হে কিতাব ফংখ্রবা মীশিং! থাঙ্গৈশেংবমক ঐখোইগী রসুল লাকখ্রে নখোইদা, রসুলশিং (মথং-মনাও নাইনা) লাকলম্বা লেপখ্রবা মতুংদা, অদুনা নখোইনা হায়দনবা ঃ "ঐখোইদা লাকখিদে হরাওবা পাওতাকপা নত্ত্রগা চেকশিন-ৱা-হায়বা কনামতা।" মরম অদুনা হৌজিক থাঙ্গৈমকশেংনা লাকখ্রবনি নখোইদা হরাওবা পাওতাকপা অমসুং চেকশিন-ৱা-হায়বা অমা নখোইদা। অদুগা অল্লাহদি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

يٰۤاَهْلَ الْكِتٰبِ قَدْ جَآءَكُمْ رَسُوْلُنَا يُبَيِّنُ لَكُمْ عَلٰى فَتْرَةٍ مِّنَ الرُّسُلِ اَنْ تَقُوْلُوْا مَا جَآءَنَا مِنْ بَشِيْرٍ وَّ لَا نَذِيْرٍ ۡفَقَدْ جَآءَكُمْ بَشِيْرٌ وَّ نَذِيْرٌ ؕ وَاللّٰهُ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيْرٌ ⑳

৪ শুবা রুকূ

২১। অদুগা (নীংশিঙু) মুসানা হায়খি মহাক্কী কাঙলুপদা ঃ "হো ঐগী কাঙলুপকী মীশিং! নীংশিঙু অল্লাহগী থৌজাল নখোইদা তৌবিখিবদু মতমদুদা মহাকনা থোকহনবিখি নবীশিং নখোইগী মরক্তা অমসুং ওইহনবিখি নখোইবু নিংথৌশিং অমসুং পীখি নখোইদা পোৎশিং মহাকনা পীখিদরিবদু অতৈ অতোপ্পা জাতি কনামতদা।

وَاِذْ قَالَ مُوْسٰى لِقَوْمِهٖ يٰقَوْمِ اذْكُرُوْا نِعْمَةَ اللّٰهِ عَلَيْكُمْ اِذْ جَعَلَ فِيْكُمْ اَنْۢبِيَآءَ وَجَعَلَكُمْ مُّلُوْكًا ۖۗ وَّ اٰتٰىكُمْ مَّا لَمْ يُؤْتِ اَحَدًا مِّنَ الْعٰلَمِيْنَ ㉑

২২। "হো ঐগী কাঙলুপকী মীশিং! নখোই চঙলো লমলেন অশেংবদা মদু অল্লাহনা তমখ্রবনি নখোইগীদমক্তা অমসুং নখোই নীংহন্নগনু করিননো হায়ববু অদুগী মতমদা নখোই অমাঙবা শরুক্লখিনি।"

يٰقَوْمِ ادْخُلُوا الْاَرْضَ الْمُقَدَّسَةَ الَّتِيْ كَتَبَ اللّٰهُ لَكُمْ وَلَا تَرْتَدُّوْا عَلٰۤى اَدْبَارِكُمْ فَتَنْقَلِبُوْا خٰسِرِيْنَ ㉒

২৩। মখোইনা হায়খি ঃ "হে মুসা! মফম অদুদা অকন-অথৌবা কাঙলুপ অমা লৈ, অমসুং ঐখোই কদৌনুংদসু চঙলোই মদুদা মখোইনা চখোকখিদরিবা ফাওবা মদুদগী। তৌইগুম্বসুং মখোইনা করিগুম্বা চখোকখ্রবদি মদুদগী, অদুগী মতমদা ঐখোই শোয়দনমক চঙগনি।

قَالُوْا يٰمُوْسٰۤى اِنَّ فِيْهَا قَوْمًا جَبَّارِيْنَ ۖۗ وَاِنَّا لَنْ نَّدْخُلَهَا حَتّٰى يَخْرُجُوْا مِنْهَا ۚ فَاِنْ يَّخْرُجُوْا مِنْهَا فَاِنَّا دٰخِلُوْنَ ㉓

২৪। (মদুগী মতুংদা) শমু মীকোক অনি মখোইগী মরক্তগী অল্লাহবু কিজরম্বা, মখোইদা অল্লাহনা থৌজাল তৌবিখ্রবনা হায়খি ঃ "নখোই (খোঙলৈ

قَالَ رَجُلٰنِ مِنَ الَّذِيْنَ يَخَافُوْنَ اَنْعَمَ اللّٰهُ عَلَيْهِمَا

ادْخُلُوا عَلَيْهِمُ الْبَابَ فَإِذَا دَخَلْتُمُوهُ فَإِنَّكُمْ غَالِبُونَ ۚ وَعَلَى اللَّهِ فَتَوَكَّلُوا إِن كُنتُم مُّؤْمِنِينَ ﴿٢٣﴾

থুনা) চঙলো মখোই (গী মতেফম) দা (চঙফম) থোংদা ; নখোইনা (নাথুপননা) চঙলবদি নখোই শোয়দনমক জয় ওইগনি : অমসুং নখোই আশা তৌ অল্লাহদা, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা থাজবশিং।

قَالُوا يَا مُوسَىٰ إِنَّا لَن نَّدْخُلَهَا أَبَدًا مَّا دَامُوا فِيهَا فَاذْهَبْ أَنتَ وَرَبُّكَ فَقَاتِلَا إِنَّا هَاهُنَا قَاعِدُونَ ﴿٢٤﴾

২৫। মখোইনা হায়খি : "হে মুসা! ঐখোই শুপচঙ-চঙলোই মখোইনা লৈরিবমখে মফম অদুদা ; মরম অদুনা, চৎলো নং অমসুং নংগী মপুগা অমসুং লড়াই তৌরু, ঐখোইদি মফম অসিদা ফমলগে।"

قَالَ رَبِّ إِنِّي لَا أَمْلِكُ إِلَّا نَفْسِي وَأَخِي فَافْرُقْ بَيْنَنَا وَبَيْنَ الْقَوْمِ الْفَاسِقِينَ ﴿٢٥﴾

২৬। মহাকনা হায়খি : "ঐগী মপুও! ঐ শক্তি লৈতে কনাগীসু মথক্তা নত্তনা ঐ ইশামক্কী অমসুং ইয়াম্বগী মথক্তা ; মরম অসিনা নহাকনা খেন্নবা উত্তুনা তোঙান্না খায়দোকপিয়ু ঐখোই অমসুং হায়বা ইন্দবশিংগী মরক্তা।"

قَالَ فَإِنَّهَا مُحَرَّمَةٌ عَلَيْهِمْ أَرْبَعِينَ سَنَةً يَتِيهُونَ فِي الْأَرْضِ فَلَا تَأْسَ عَلَى الْقَوْمِ الْفَاسِقِينَ ﴿٢٦﴾ ع

২৭। অল্লাহনা হায়বিখি : "তশেংবমক, মখোইবু থিংবিখ্রে (লম) অদুদা চহি নিফু চুপ্পা—মখোই কোয়চৎ-চত্নুনা লৈগনি মালেমথক্তা। মরম অদুনা করিসু ৱাশনগনু লমকেৎ-লমহাইবা মীশিংগী-দমক্তা।"

৫ শুবা রুকূ

وَاتْلُ عَلَيْهِمْ نَبَأَ ابْنَيْ آدَمَ بِالْحَقِّ إِذْ قَرَّبَا قُرْبَانًا فَتُقُبِّلَ مِنْ أَحَدِهِمَا وَلَمْ يُتَقَبَّلْ مِنَ الْآخَرِ قَالَ لَأَقْتُلَنَّكَ قَالَ إِنَّمَا يَتَقَبَّلُ اللَّهُ مِنَ الْمُتَّقِينَ ﴿٢٧﴾

২৮। অদুগা লীবিয়ু মখোইদা চুম্না ৱারী আদমগী মচা নিপা অনিগী, মখোই অনিনা কৎখি কুরবানী অমমম, অদুদা য়াবিখি মখোই অমগী অমসুং অতোপ্পগী য়াবিখিদে। (ময়াম্বা) মহাকনা হায়খি : "ঐনা শোয়দনমক হাৎকনি নংবু।" মনাও নিপানা পাওখুমখি : "অল্লাহনা য়াবি (কুরবানী) ধর্ম্ম কায়দবশিংতগী।"

لَئِن بَسَطتَ إِلَيَّ يَدَكَ لِتَقْتُلَنِي مَا أَنَا بِبَاسِطٍ يَدِيَ إِلَيْكَ لِأَقْتُلَكَ إِنِّي أَخَافُ اللَّهَ رَبَّ الْعَالَمِينَ ﴿٢٨﴾

২৯। "নংনা নখুৎ তিংথোকলবসু ঐগী ইথক্তা ঐবু হাৎনবগী, ঐদি ইখুৎ তিংথোকচরোই নংঙোন্দা নংবু হাৎনবগী। তশেংবমক ঐ কিজে অল্লাহবু, (মহাক্তি) মপুনি সংসার পুম্নমক্কী।

৩০। "ঐনা পামজে নংনা নম্বোনবিবা ঐগী পাপ অমসুং নংগী নপাপ, অমসুং মতৌ অসুম্না নং ওইগনি মরূপ খাম্বি মৈগী; অমসুং মদু মইহেনি অরানবা লম্বীনবশিংগী।"

إِنِّيٓ أُرِيدُ أَن تَبُوٓأَ بِإِثۡمِي وَإِثۡمِكَ فَتَكُونَ مِنۡ أَصۡحَٰبِ ٱلنَّارِۚ وَذَٰلِكَ جَزَٰٓؤُاْ ٱلظَّٰلِمِينَ ۝٣٠

৩১। (মরমদুনা ময়াম্বা) মহাক্কী থরাইনা থৌগৎখি মহাকপু মহাক্কী মনাও নিপা হাৎপদা, মরম অদুনা মহাকনা হাৎখি (মনাও) মহাকপু অমসুং মহাক ওইখি (অমা) অমাঙবশিংগী মরক্তা।

فَطَوَّعَتۡ لَهُۥ نَفۡسُهُۥ قَتۡلَ أَخِيهِ فَقَتَلَهُۥ فَأَصۡبَحَ مِنَ ٱلۡخَٰسِرِينَ ۝٣١

৩২। মতম অদুদা অল্লাহনা থাবিরকখি ক্বাক অমা মদুনা খোত্তোকলম্মী লৈব্যক

উহন্নবা মহাকপু মতৌ করম্না লোৎশিনগনি মহাক্কী মনাওগী অশিবা হকচাংদু। অদুদা মহাকনা হায়খিঃ "ইমাইপেম্মা! ঐবু ঙমদ্রবা ক্বাক অসিগা মান্নবা অমসুং লোৎশিনবা অশিবা হকচাং ঐগী ইনাওগী?" মরম অদুনা মহাক ওইখি (অমা) অরাবা ফোংদোকপশিংগী (মশানা তৌখিবা থবক্কী)।

فَبَعَثَ ٱللَّهُ غُرَابٗا يَبۡحَثُ فِي ٱلۡأَرۡضِ لِيُرِيَهُۥ كَيۡفَ يُوَٰرِي سَوۡءَةَ أَخِيهِۚ قَالَ يَٰوَيۡلَتَىٰٓ أَعَجَزۡتُ أَنۡ أَكُونَ مِثۡلَ هَٰذَا ٱلۡغُرَابِ فَأُوَٰرِيَ سَوۡءَةَ أَخِيۖ فَأَصۡبَحَ مِنَ ٱلنَّٰدِمِينَ ۝٣٢

৩৩। মসিগী মরমগীদমক, ঐখোইনা লেপ্পিখি ইস্রাঈল মচাশিংগীদমক মদুদি কনাগুম্বনা হাৎলবদি মী অমা, মহাকনা হাৎলমদবদা কনাবুসু নত্রগা ফত্তনবা শীল্লমদবদা লৈবাক্তা (মদুগী ফল অতাবীদি) মহাক্না (তুম্না) হাৎপগুম্বনি তাইবঙ মী পুম্নমক। অদুগা কনাগুম্বনা কন্নবদি মী অমা, মহাকনা কনবগুম্বনি তাইবঙ মী পুম্নমক। অদুগা তশেংবমক ঐখোইগী রসুলশিং লাকলমখ্রে মখোইদা তশেংবা খুদমশিং পুরদুনা; তৌইগুম্বসুং অদুগী তুংদা ফাওবা, মখোই অয়াম্বনা তৌখি কা হেনবা শাজৎ মরমদমদা।

مِنۡ أَجۡلِ ذَٰلِكَ كَتَبۡنَا عَلَىٰ بَنِيٓ إِسۡرَٰٓءِيلَ أَنَّهُۥ مَن قَتَلَ نَفۡسَۢا بِغَيۡرِ نَفۡسٍ أَوۡ فَسَادٖ فِي ٱلۡأَرۡضِ فَكَأَنَّمَا قَتَلَ ٱلنَّاسَ جَمِيعٗا وَمَنۡ أَحۡيَاهَا فَكَأَنَّمَآ أَحۡيَا ٱلنَّاسَ جَمِيعٗاۚ وَلَقَدۡ جَآءَتۡهُمۡ رُسُلُنَا بِٱلۡبَيِّنَٰتِ ثُمَّ إِنَّ كَثِيرٗا مِّنۡهُم بَعۡدَ ذَٰلِكَ فِي ٱلۡأَرۡضِ لَمُسۡرِفُونَ ۝٣٣

৩৪। রায়েল-চৈরাক পীফম থোকপদি অদুগুম্বা মীওইশিংগী মথক্তা মখোইনা লান হৌরবা অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলগী মায়োক্তা, অমসুং কম্না লাক্লরবা ঈরাং থোকহন্নবা লৈবাক্তা—অসিনিঃ

إِنَّمَا جَزَٰٓؤُاْ ٱلَّذِينَ يُحَارِبُونَ ٱللَّهَ وَرَسُولَهُۥ وَيَسۡعَوۡنَ فِي ٱلۡأَرۡضِ فَسَادًا أَن يُقَتَّلُوٓاْ أَوۡ يُصَلَّبُوٓاْ أَوۡ تُقَطَّعَ

মখোইবু হাৎকদবনি নত্ত্রগা ক্রোশদা য়ানগদবনি নত্ত্রগা মখুৎ নামা মখোঙ নামা ওন্ন-তৈনবা নাকলগী ককথৎকদবনি নত্ত্রগা তাথোক্কদবনি লৈবাক্তগী। মসি বদনামীনি মখোইগী সংসার অসিদা অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদসু মখোই ফংগনি অচৌবা অরাফম।

أَيْدِيهِمْ وَأَرْجُلُهُم مِّنْ خِلَافٍ أَوْ يُنفَوْا مِنَ الْأَرْضِ ۚ ذَٰلِكَ لَهُمْ خِزْيٌ فِي الدُّنْيَا ۖ وَلَهُمْ فِي الْآخِرَةِ عَذَابٌ عَظِيمٌ ﴿٣٤﴾

৩৫। নত্তনা (মরাল লৈরবশিং) মখোইদু—মখোইনা (মপুকনিং হোংদুনা) করি নুংগী তৌরুবনো হায়না নুংনাংবা ফোংদোকচে নখোইনা খুদুম চন্দরিঙৈদা মখোইবু। মরম অদুনা খঙু অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

إِلَّا الَّذِينَ تَابُوا مِن قَبْلِ أَن تَقْدِرُوا عَلَيْهِمْ ۖ فَاعْلَمُوا أَنَّ اللَّهَ غَفُورٌ رَّحِيمٌ ﴿٣٥﴾ ع

৬ শুবা রুকূ

৩৬। হে (অচুম্বা) থাজবশিং! অল্লাহবু কিয়ু অমসুং থিয়ু পাম্বে নকশিনবা য়ানবা মহাক্কী মনাক্তা, অমসুং হোৎনবা কম্মু মহাক্কী লম্বীদা অদুনা নখোই ফংনবা নমায় পাকপা।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا اتَّقُوا اللَّهَ وَابْتَغُوا إِلَيْهِ الْوَسِيلَةَ وَجَاهِدُوا فِي سَبِيلِهِ لَعَلَّكُمْ تُفْلِحُونَ ﴿٣٦﴾

৩৭। তশেংবমক অচুম্বা থাজদবশিংদো—মখোইগী পুমওই-ওইরবসু পৃথিবী মকোয়দা লৈরিবা পুম্নমক অমসুং অদুগুম্বা অমা অমুক্কা লৈরবসু, মখোই মশামক্কী থাদোকমল ওইনা পীরবসু মদু কিয়ামত নুমিৎকী রায়েল-চৈরাক ফংগদৌবদগী, মদু শুপয়া-য়াবিরোই মখোইদগী; অমসুং মখোই ফংগনি অৱাবগী মশক ওইবা চৈরাক দণ্ড।

إِنَّ الَّذِينَ كَفَرُوا لَوْ أَنَّ لَهُم مَّا فِي الْأَرْضِ جَمِيعًا وَمِثْلَهُ مَعَهُ لِيَفْتَدُوا بِهِ مِنْ عَذَابِ يَوْمِ الْقِيَامَةِ مَا تُقُبِّلَ مِنْهُمْ ۖ وَلَهُمْ عَذَابٌ أَلِيمٌ ﴿٣٧﴾

৩৮। মখোই থোরকনীংগনি খাম্বি মৈকোম্নুংদগী, তৌইগুম্বসুং মখোই থোরকপা য়ারোই মদুদগী, মরমদি মখোই ফংগনি মতম কুইনগী ওইবা চৈরাক দণ্ড।

يُرِيدُونَ أَن يَخْرُجُوا مِنَ النَّارِ وَمَا هُم بِخَارِجِينَ مِنْهَا ۖ وَلَهُمْ عَذَابٌ مُّقِيمٌ ﴿٣٨﴾

৩৯। অদুগা হুরানবা নিপা অমসুং হুরানবা নুপীগী মখুৎশিং ককথৎলু লমল শিংবা ওইনা মখোইনা কমায় তৌরুবা অদুগী—খুদম অমা ওইনা অল্লাহদগী। অদুগা অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَالسَّارِقُ وَالسَّارِقَةُ فَاقْطَعُوا أَيْدِيَهُمَا جَزَاءً بِمَا كَسَبَا نَكَالًا مِّنَ اللَّهِ ۗ وَاللَّهُ عَزِيزٌ حَكِيمٌ ﴿٣٩﴾

فَمَنْ تَابَ مِنْۢ بَعْدِ ظُلْمِهٖ وَاَصْلَحَ فَاِنَّ اللّٰهَ يَتُوْبُ عَلَيْهِ ؕ اِنَّ اللّٰهَ غَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ۝

৪০। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা মপাপ হায়দোকচরবা অরানবা লম্বীনরুরবা মতুংদা অমসুং মরমচৎ চুমখোকচরবদি, মতমদুদা অল্লাহনা শোয়দনমক নুংশিবিরক্কনি মহাকপু (ঙাকপিহৈনা)। থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহদি য়োনজকোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

اَلَمْ تَعْلَمْ اَنَّ اللّٰهَ لَهٗ مُلْكُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ؕ يُعَذِّبُ مَنْ يَّشَآءُ وَيَغْفِرُ لِمَنْ يَّشَآءُ ؕ وَاللّٰهُ عَلٰى كُلِّ شَىْءٍ قَدِيْرٌ ۝

৪১। খঙদব্রা নংবু আসমান অমসুং পৃথিবীসি অল্লাহ মহাক্কী শাসননি। মহাকনা চৈরাক থাবি মহাকনা থাবিনীংবা (মতিক থোকপ) শিংবু অমসুং মহাকনা কোকপি মহাকনা চানবিবা (মতিকচাব) শিংবু। অদুগা অল্লাহদি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

يٰۤاَيُّهَا الرَّسُوْلُ لَا يَحْزُنْكَ الَّذِيْنَ يُسَارِعُوْنَ فِى الْكُفْرِ مِنَ الَّذِيْنَ قَالُوْۤا اٰمَنَّا بِاَفْوَاهِهِمْ وَلَمْ تُؤْمِنْ قُلُوْبُهُمْ ۛۚ وَمِنَ الَّذِيْنَ هَادُوْا ۛۚ سَمّٰعُوْنَ لِلْكَذِبِ سَمّٰعُوْنَ لِقَوْمٍ اٰخَرِيْنَ ۙ لَمْ يَاْتُوْكَ ؕ يُحَرِّفُوْنَ الْكَلِمَ مِنْۢ بَعْدِ مَوَاضِعِهٖ ۚ يَقُوْلُوْنَ اِنْ اُوْتِيْتُمْ هٰذَا فَخُذُوْهُ وَاِنْ لَّمْ تُؤْتَوْهُ فَاحْذَرُوْا ؕ وَمَنْ يُّرِدِ اللّٰهُ فِتْنَتَهٗ فَلَنْ تَمْلِكَ لَهٗ مِنَ اللّٰهِ شَيْـًٔا ؕ اُولٰٓئِكَ الَّذِيْنَ لَمْ يُرِدِ اللّٰهُ اَنْ يُّطَهِّرَ قُلُوْبَهُمْ ؕ لَهُمْ فِى الدُّنْيَا خِزْىٌ ۖۚ وَّلَهُمْ فِى الْاٰخِرَةِ عَذَابٌ عَظِيْمٌ ۝

৪২। হে রসুল! নং নুংবংনগনু লমযেংখোঙফম্নবদা খুমাং চাওশনবা মখোইগী মশুংলানগী, করিননো হায়ববু মখোইনা মচীন্না থোক্লা হায়ঃ "ঐখোই অচুম্বা থাজখ্রে," তৌইগুম্বসুং মখোইগী থম্মোইশিংনদি অচুম্বা থাজদে। অদুগা মখোইগী মরক্তগী য়হূদীশিংদো মীনম পাওরাল তোয়াম্বশিংনি—মখোইনা তাই (পাওথুংনবগী) অতোপ্পা মীশিংদা মখোইদু লাক্তে নংঙোন্দা (মঙাল ফংহৌনবগী)। মখোইনা তৌই ওংথোক-ওনশিন (আসমানী কিতাবকী) ৱাহৈশিং মখোইবু থমখ্রবা মতুংদা চপচাবা মফমশিংদা (অমসুং) হায়ঃ "অসিগুম্বা (পাওখুম) পীরবদি নখোই হেক্তমক য়াও, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা নখোইদা পীদ্রবদি—চেকশল্লু।" অদুগা অদুগুম্বা মীওই মহাকপু অল্লাহনা নীংখ্রবদা চাং য়েংগে হায়না, নংনা করিসু তেংবাংবা ঙম্মরোই মহাকপু অল্লাহগী মায়োক্তা। মখোইসিগী মথম্মোইশিংদু অল্লাহনা শেংদোকপিনীংদে। মখোই ঈকাই ফিরুক খুমনিঙঙাইনি সংসার অসিদা অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদসু মখোই ফংগনি অচৌবা ৱায়েল-চৈরাক।

৪৩। (মখোইদো) মীনম পাওরালতোয়াম্বশিংনি, অথিংবা পোৎশিং চাবশিংনি। মখোইনা করিগুম্বা লাকলবদি নংঙোন্দা (বিচার ৱাথিবিনবগী), বিচার তৌরিয়ু মখোইগী মরক্তা, নত্ত্রগা মায় ওন্থোকও মখোইদগী। অদুগা নংনা নমায় ওন্থোকলবদি মখোইদগী, মখোইনা ঙমলোই মাঙহনবা নংবু। তৌইগুম্বসুং নংনা করিগুম্বা ৱায়েল বিচার তৌরবদি, অচুম্বা বিচার তৌ মখোইগী মরক্তা। তশেংবমক, অল্লাহনা নুংশিবি অচুম্বা তৌবশিংবু।

سَمّٰعُوْنَ لِلْكَذِبِ اَكّٰلُوْنَ لِلسُّحْتِ ۚ فَاِنْ جَآءُوْكَ فَاحْكُمْ بَيْنَهُمْ اَوْ اَعْرِضْ عَنْهُمْ ۚ وَاِنْ تُعْرِضْ عَنْهُمْ فَلَنْ يَّضُرُّوْكَ شَيْـًٔا ۚ وَاِنْ حَكَمْتَ فَاحْكُمْ بَيْنَهُمْ بِالْقِسْطِ ۚ اِنَّ اللّٰهَ يُحِبُّ الْمُقْسِطِيْنَ ﴿۴۲﴾

৪৪। অদুগা মতৌ করম্না মখোইনা শেমগনি নংবু মখোইগী ৱায়েল্লাকপা মখোইদা তৌরাত (কিতাব) অল্লাহগী হুকুম তাকপা লৈনা-লৈনা? অদুম ওইনমক, মখোইনা তুং হন্দোকখি মদুগী মতুংদা: অমসুং মখোইসি অচুম্বা থাজদবশিংনি।

وَكَيْفَ يُحَكِّمُوْنَكَ وَعِنْدَهُمُ التَّوْرٰىةُ فِيْهَا حُكْمُ اللّٰهِ ثُمَّ يَتَوَلَّوْنَ مِنْۢ بَعْدِ ذٰلِكَ ۚ وَمَآ اُولٰٓئِكَ بِالْمُؤْمِنِيْنَ ﴿۴۳﴾ ع

৭ শুবা রুকূ

৪৫। তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখি তৌরাত মদুদা য়াওখি লমজিং অমসুং মঙাল। মদুগী মতুংইন্না নবীশিং অল্লাহবু য়াবশিংনা ৱায়েল বিচার তৌরম্মী য়িহুদীশিংগী, অদুগা রববী (য়িহুদী পণ্ডিত) শিং অমসুং পুরিৎশিংনসু (অদুম তৌরম্মী); মরমদি মখোই তৌদবা য়াদবা ওইরম্মী ঙাক-শেনবা অল্লাহগী কিতাববু, অমসুং মখোই ওইখি অঙাকপশিং মদুগী। মরম অদুনা কিগনু মীশিংবু অমসুং কিয়ু ঐহাকপু: অমসুং য়োৎথোক্কনু ঐগী পাওজেনশিংবু মমল খজিক্তং লৌদুনা। অদুগা কনাগুম্বনা বিচার তৌদ্রবদি (ৱাথোক পুম্নমক) অল্লাহনা থাবিরকখিবা (মঙাল) গী মতুংইন্না, মখোইদো লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনি।

اِنَّآ اَنْزَلْنَا التَّوْرٰىةَ فِيْهَا هُدًى وَّنُوْرٌ ۚ يَحْكُمُ بِهَا النَّبِيُّوْنَ الَّذِيْنَ اَسْلَمُوْا لِلَّذِيْنَ هَادُوْا وَالرَّبّٰنِيُّوْنَ وَالْاَحْبَارُ بِمَا اسْتُحْفِظُوْا مِنْ كِتٰبِ اللّٰهِ وَكَانُوْا عَلَيْهِ شُهَدَآءَ ۚ فَلَا تَخْشَوُا النَّاسَ وَاخْشَوْنِ وَلَا تَشْتَرُوْا بِاٰيٰتِيْ ثَمَنًا قَلِيْلًا ۗ وَمَنْ لَّمْ يَحْكُمْ بِمَآ اَنْزَلَ اللّٰهُ فَاُولٰٓئِكَ هُمُ الْكٰفِرُوْنَ ﴿۴۴﴾

৪৬। অদুগা ঐখোইনা লেপ্পিখ্রে মখোইদা (তৌরাত) অদুগী মনুংদা: থরাইগী মহুত্তা থরাই, অমসুং মিৎকী মহুত্তা মিৎ, অমসুং নাতোনগী

وَكَتَبْنَا عَلَيْهِمْ فِيْهَآ اَنَّ النَّفْسَ بِالنَّفْسِ وَالْعَيْنَ

بِالْعَيْنِ وَالْاَنْفَ بِالْاَنْفِ وَالْاُذُنَ بِالْاُذُنِ وَالسِّنَّ بِالسِّنِّ ۙ وَالْجُرُوْحَ قِصَاصٌ ؕ فَمَنْ تَصَدَّقَ بِهٖ فَهُوَ كَفَّارَةٌ لَّهٗ ؕ وَمَنْ لَّمْ يَحْكُمْ بِمَاۤ اَنْزَلَ اللّٰهُ فَاُولٰٓئِكَ هُمُ الظّٰلِمُوْنَ ﴿۴۵﴾

মহুত্তা নাতোন, অমসুং নাকোংগী মহুত্তা নাকোং অমসুং য়াগী মহুত্তা য়া, অমসুং অতোপ্পা জখমশিংগীদমক্তা মান্নবা লমল খুম্বা। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা থাদোকপিরবদি মদু (দানগী মওংদা) মদু প্রায়শ্চিত্তনি মহাক্কী। অদুগা কনাগুম্বনা বিচার তৌদ্রবদি অল্লাহনা থাবিরকখিবা (মওাল) গী মতুং ইন্না, মখোইদো অরানবা লম্বীনবশিংনি।

وَقَفَّيْنَا عَلٰۤى اٰثَارِهِمْ بِعِيْسَى ابْنِ مَرْيَمَ مُصَدِّقًا لِّمَا بَيْنَ يَدَيْهِ مِنَ التَّوْرٰىةِ ۪ وَاٰتَيْنٰهُ الْاِنْجِيْلَ فِيْهِ هُدًى وَّنُوْرٌ ۙ وَّمُصَدِّقًا لِّمَا بَيْنَ يَدَيْهِ مِنَ التَّوْرٰىةِ وَهُدًى وَّمَوْعِظَةً لِّلْمُتَّقِيْنَ ﴿۴۶﴾

৪৭। অদুগা ঐখোইনা তুং ইনহনবিখি ঈসা, মরয়মগী মচানিপাবু মখোইগী থোঙ্গুল, মহাকনা প্রমাণ পীখি অচুম্বনি হায়না মহাক্কী মমাংদা (ফোংদোকপিখিবদু) তৌরাতদা; অমসুং ঐখোইনা পীখি মহাকপু ইনজীল মদুদা য়াওখি লমজিং অমসুং মওাল, অমসুং মদুনা প্রমাণ পী অচুম্বনি হায়না মহাক্কী মমাংদা (ফোংদোক-পিখিবদু) তৌরাতদা অমসুং (মদু) লমজিংনি অমসুং পাওতাকনি ধর্ম্ম কায়দবশিংগী।

وَلْيَحْكُمْ اَهْلُ الْاِنْجِيْلِ بِمَاۤ اَنْزَلَ اللّٰهُ فِيْهِ ؕ وَمَنْ لَّمْ يَحْكُمْ بِمَاۤ اَنْزَلَ اللّٰهُ فَاُولٰٓئِكَ هُمُ الْفٰسِقُوْنَ ﴿۴۷﴾

৪৮। অদুগা ইনজীল য়াবা মীশিংনা বিচার তৌজসনু অল্লাহনা ফোংদোকপিরকখিবগী মতুংইন্না মদুদা। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা বিচার তৌদ্রবদি অল্লাহনা ফোংদোকপিরকখিবগী মতুংইন্না, মখোইসি লমকেৎ-লমহাইবশিংনি।

وَاَنْزَلْنَاۤ اِلَيْكَ الْكِتٰبَ بِالْحَقِّ مُصَدِّقًا لِّمَا بَيْنَ يَدَيْهِ مِنَ الْكِتٰبِ وَمُهَيْمِنًا عَلَيْهِ فَاحْكُمْ بَيْنَهُمْ بِمَاۤ اَنْزَلَ اللّٰهُ وَلَا تَتَّبِعْ اَهْوَآءَهُمْ عَمَّا جَآءَكَ مِنَ الْحَقِّ ؕ لِكُلٍّ جَعَلْنَا مِنْكُمْ شِرْعَةً وَّمِنْهَاجًا ؕ وَلَوْ شَآءَ اللّٰهُ لَجَعَلَكُمْ اُمَّةً وَّاحِدَةً وَّلٰكِنْ لِّيَبْلُوَكُمْ فِيْ مَاۤ اٰتٰىكُمْ فَاسْتَبِقُوا الْخَيْرٰتِ ؕ اِلَى اللّٰهِ مَرْجِعُكُمْ جَمِيْعًا فَيُنَبِّئُكُمْ بِمَا

৪৯। অদুগা ঐখোইনা থাবিখি নংঙোন্দা কিতাবসি অচুম্বগা লোয়ননা, মসিনা প্রমাণ পী অচুম্বনি হায়না মাগী মমাংদা লৈরম্বা কিতাবশিংগী অমসুং ঙাকপিবনি মখোইগী। মরম অসিনা বিচার তৌ মখোইগী মরক্তা অল্লাহনা থাবিরকপা অদুনা অমসুং ইনগনু মখোইগী ফত্তবা অপাম্বশিংগী (ওন্থোক্তুনা) নংঙোন্দা লাকখিবা অচুম্বা অদুদগী। নখোই খুদিংমক্কী ঐখোইনা পীবিখি (ধর্ম্মগী) লৈঙাকলোন অমা অমসুং (ধর্ম্মগা মরী লৈনদবা) লম্বী অমা। অদুগা অল্লাহনা করিগুম্বা নীংলমলবদি, মহাকনা শেমলমগনি নখোইবু জাতি অমতা ওইনা, তৌইগুম্বসুং মহাকনা চাং য়েংবিনীংই নখোইবু মহাকনা পীখিবা (লৌশিং)

كُنْتُمْ فِيهِ تَخْتَلِفُونَ ﴿٤٩﴾

অদুনা নখোইদা। মরম অদুনা মথক থোঙনবা তান্নৌ অমনা অমদগী অফবা থবকশিংদা। অল্লাহদা হনজনগনি নখোই পুম্নমক; মতম অদুদা মহাকনা খঙহনবিগনি নখোইদা নখোইনা য়ানরমদবা ৱাফমদু।

وَأَنِ احْكُمْ بَيْنَهُمْ بِمَا أَنْزَلَ اللَّهُ وَلَا تَتَّبِعْ أَهْوَاءَهُمْ وَاحْذَرْهُمْ أَنْ يَفْتِنُوكَ عَنْ بَعْضِ مَا أَنْزَلَ اللَّهُ إِلَيْكَ ۖ فَإِنْ تَوَلَّوْا فَاعْلَمْ أَنَّمَا يُرِيدُ اللَّهُ أَنْ يُصِيبَهُمْ بِبَعْضِ ذُنُوبِهِمْ ۗ وَإِنَّ كَثِيرًا مِنَ النَّاسِ لَفَاسِقُونَ ﴿٥٠﴾

৫০। অদুগা নং বিচার তৌ মখোইগী মরক্তা অল্লাহনা থাবিরকখিবা (মঙাল) গী মতুংইন্না অমসুং ইনগনু মখোইগী ফত্তবা অপাম্বশিংদা, অমসুং নশা চেকশল্লু মখোইদগী নত্তবদি মখোইনা লম্বী লান্না চিংবিখিনি নংবু অল্লাহনা নংঙোন্দা ফোংদোকপিখিবা শরুক অদুগী মরমগীদমক। তৌইগুম্বসুং মখোইনা করিগুম্বা মমায় ওথোক-খ্রবদি, মতমদুদা খঙ্গু অল্লাহনা থোমজিনহন্নীংই অৱা-অনং মখোইবু মখোইনা তৌখিবা মপাপ খরগী। অদুগা তশেংবমক মী অয়াম্বনা লমকেৎ-লমহাইবনি।

أَفَحُكْمَ الْجَاهِلِيَّةِ يَبْغُونَ ۚ وَمَنْ أَحْسَنُ مِنَ اللَّهِ حُكْمًا لِقَوْمٍ يُوقِنُونَ ﴿٥١﴾ ع

৫১। মখোইনা, মওং মতাদুদা, থিব্রা ৱায়েল বিচার পঙলিঙৈগী মতমগী? অদুগা কনানা হেন্না ফবগে অল্লাহদগী ৱায়েল পীবদা চেৎনা থাজবা মীশিংগীদমক্তা?

৮ শুবা রুকূ

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا لَا تَتَّخِذُوا الْيَهُودَ وَالنَّصَارَىٰ أَوْلِيَاءَ ۘ بَعْضُهُمْ أَوْلِيَاءُ بَعْضٍ ۚ وَمَنْ يَتَوَلَّهُمْ مِنْكُمْ فَإِنَّهُ مِنْهُمْ ۗ إِنَّ اللَّهَ لَا يَهْدِي الْقَوْمَ الظَّالِمِينَ ﴿٥٢﴾

৫২। হে অচুম্বা থাজবশিং! মরূপনগনু য়হুদীশিং অমসুং খৃষ্টিয়ানশিংবু (লানগী মতমদা)। মখোই মশেল মরূপশিংনি অমগা অমগা। অদুগা নখোইগী মরক্তগী কনাগুম্বনা মরূপনরবদি মখোইবু তশেংনমক ওইখ্রগনি মখোইগুম্বা অমা। থাজ্জৈশেংবমক, অল্লাহনা লমজিংবিদে অরানবা লম্বীনবা মীশিংবু।

فَتَرَى الَّذِينَ فِي قُلُوبِهِمْ مَرَضٌ يُسَارِعُونَ فِيهِمْ يَقُولُونَ نَخْشَىٰ أَنْ تُصِيبَنَا دَائِرَةٌ ۚ فَعَسَى اللَّهُ أَنْ يَأْتِيَ

৫৩। অদুগা নংনা উগনি মথম্মোইনুংশিংদা অনাবা পকপা (নাকল পাওথিলবশিং) মখোইদো হাথু-হাথু চেনশনবা মখোইরোমদা অসি হায়দুনা: "ঐখোইনা কি লায়বকথীবা অমা থোকপা য়াই ঐখোইদা।" অদুগী মতুংইন্না অল্লাহনা পীনবসু য়াই

بِالْفَتْحِ أَوْ أَمْرٍ مِّنْ عِندِهِ فَيُصْبِحُوا عَلَىٰ مَا أَسَرُّوا فِي أَنفُسِهِمْ نَادِمِينَ

জয় নত্ত্রগা হুকুম অমা মহাক্কী মায়কৈদগী, মতম অদুদা মখোই নুংঙাইতবা শরুক্কগনি মখোইনা লোৎশিল্লম্বগী (অরানবা রাখল) মখোইগী মপুকনিংশিংদা।

وَيَقُولُ الَّذِينَ آمَنُوا أَهَٰؤُلَاءِ الَّذِينَ أَقْسَمُوا بِاللَّهِ جَهْدَ أَيْمَانِهِمْ ۙ إِنَّهُمْ لَمَعَكُمْ ۚ حَبِطَتْ أَعْمَالُهُمْ فَأَصْبَحُوا خَاسِرِينَ

৫৪। অদুগা অচুম্বা থাজবশিংনা হায়গনিঃ "মখোইসিরা অল্লাহগী কসম চাদুনা অকনবা রাশক তৌখিবদু মখোই তশেংনমক নখোইগা লোয়নরি হায়জিন্দুনা?" মখোইগী থবকশিং করিসু কান্নররোই, মরম অদুনা মখোই অমাঙবা শরুক্করগনি।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا مَن يَرْتَدَّ مِنكُمْ عَن دِينِهِ فَسَوْفَ يَأْتِي اللَّهُ بِقَوْمٍ يُحِبُّهُمْ وَيُحِبُّونَهُ أَذِلَّةٍ عَلَى الْمُؤْمِنِينَ أَعِزَّةٍ عَلَى الْكَافِرِينَ يُجَاهِدُونَ فِي سَبِيلِ اللَّهِ وَلَا يَخَافُونَ لَوْمَةَ لَائِمٍ ۚ ذَٰلِكَ فَضْلُ اللَّهِ يُؤْتِيهِ مَن يَشَاءُ ۚ وَاللَّهُ وَاسِعٌ عَلِيمٌ

৫৫। হে অচুম্বা থাজবশিং! কনাগুম্বনা নখোইগী মরক্তগী থাদোকলবদি মহাক্কী ধর্ম্ম, অদুগী মতমদা অল্লাহনা পুশল্লক্কনি মী কাঙলুপ অমা মহাকনা নুংশিবা অমসুং মখোইনসু নুংশিবা মহাকপু—মখোইদো নুংশিনা তৌগনি অমসুং নোল্লুক্কনি অচুম্বা থাজবশিংদা, শাথীগনি লমফে-খোঙফম্নবশিংদা, হোৎনবা কনগনি অল্লাহগী লম্বীদা অমসুং নিন্দা কিদবনি নিন্দা তৌবশিংগী। মসি অল্লাহগী থৌজালনি, মহাকনা পী মসি মহাকনা চানবিবা (মতিকচাব) শিংদা। অদুগা অল্লাহদি পীন-হালেঙদবনি, পোৎ পুম্নমক ইখঙ-খঙবনি।

إِنَّمَا وَلِيُّكُمُ اللَّهُ وَرَسُولُهُ وَالَّذِينَ آمَنُوا الَّذِينَ يُقِيمُونَ الصَّلَاةَ وَيُؤْتُونَ الزَّكَاةَ وَهُمْ رَاكِعُونَ

৫৬। থাঙ্গৈশেংবা নখোইগী মরূপতি অল্লাহতনি অমসুং মহাক্কী রসুলনি অমসুং অচুম্বা থাজবা-শিংনি, মখোইদো চাং নাইনা নমাজ তৌই অমসুং জকাত পী অমসুং খুরুম খাজং তৌই অল্লাহ(ত)বু।

وَمَن يَتَوَلَّ اللَّهَ وَرَسُولَهُ وَالَّذِينَ آمَنُوا فَإِنَّ حِزْبَ اللَّهِ هُمُ الْغَالِبُونَ

৫৭। অদুগা কনাগুম্বনা মরূপনরবদি অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুলবু অমসুং অচুম্বা থাজবশিংবু মওং মতাদুদা (খঙঙু) থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহগী খুৎপুনা জয় ওইগনি।

৯ শুবা রুকূ

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا لَا تَتَّخِذُوا الَّذِينَ اتَّخَذُوا دِينَكُمْ

৫৮। হে অচুম্বা থাজবশিং! মরূপ লেংতিন্নগনু

هُزُوًا وَّ لَعِبًا مِّنَ الَّذِيْنَ اُوْتُوا الْكِتٰبَ مِنْ قَبْلِكُمْ وَالْكُفَّارَ اَوْلِيَآءَ ۚ وَاتَّقُوا اللّٰهَ اِنْ كُنْتُمْ مُّؤْمِنِيْنَ ﴿٥٨﴾

অদুগুম্বা মীওইশিংগা, নখোইগী মমাংদা হান্না কিতাব পীখিবা অমসুং লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী মরক্তগী, মখোইনা নোক্লবা অমসুং ফাগি তৌবা নখোইগী ধর্ম্মবু; অমসুং অল্লাহবু কিয়ু নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা থাজবশিং।

وَاِذَا نَادَيْتُمْ اِلَى الصَّلٰوةِ اتَّخَذُوْهَا هُزُوًا وَّ لَعِبًا ؕ ذٰلِكَ بِاَنَّهُمْ قَوْمٌ لَّا يَعْقِلُوْنَ ﴿٥٩﴾

৫৯। অদুগা নখোইনা নমাজগীদমক (মী কৌবগী) 'অজান' লাউবদা, মখোইনা করেমনৈ অমসুং ফাগি তৌনে মদুবু। মদুগী মরমদি মখোই খঙদবা মীশিংনি।

قُلْ يٰۤاَهْلَ الْكِتٰبِ هَلْ تَنْقِمُوْنَ مِنَّاۤ اِلَّاۤ اَنْ اٰمَنَّا بِاللّٰهِ وَمَاۤ اُنْزِلَ اِلَيْنَا وَمَاۤ اُنْزِلَ مِنْ قَبْلُ ۙ وَاَنَّ اَكْثَرَكُمْ فٰسِقُوْنَ ﴿٦٠﴾

৬০। হায়য়ু (মখোইদা): "হে কিতাব ফংখ্রবা মীশিং! নখোইনা মরাল পীব্রা ঐখোইবু মরম অসিতগী মদুদি ঐখোইনা থাজখ্রে অল্লাহবু অমসুং ঐখোইদা থারকখিববু অমসুং ঐখোইগী মমাংদা থাবিখিবসু? নত্ত্রগা নখোই অয়াম্বনা ওইবনরা লমকেৎ-লমহাইবশিং?"

قُلْ هَلْ اُنَبِّئُكُمْ بِشَرٍّ مِّنْ ذٰلِكَ مَثُوْبَةً عِنْدَ اللّٰهِ ؕ مَنْ لَّعَنَهُ اللّٰهُ وَغَضِبَ عَلَيْهِ وَجَعَلَ مِنْهُمُ الْقِرَدَةَ وَالْخَنَازِيْرَ وَعَبَدَ الطَّاغُوْتَ ؕ اُولٰٓئِكَ شَرٌّ مَّكَانًا وَّاَضَلُّ عَنْ سَوَآءِ السَّبِيْلِ ﴿٦١﴾

৬১। (অমুকসু) হায়য়ু: ঐনা হায়সিরা নখোইদা অদু-অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইগী মনা-মথিন অল্লাহদগী (পীগদৌরিবা অদুনা) হেন্না ফত্তবনি (মখোইনা মুসলিমশিংবু ওৎ-নৈবা) অদুদগী? মখোইদু সিরাপ তৌবিখ্রবনি অল্লাহনা অমসুং মখোইবু শাউবিখ্রবনি মহাকনা, অমসুং মখোইগী মরক্তগী (খরবু) মহাকনা ওইহনবিখ্রবনি য়োংশিং অমসুং ওকশিং অমসুং মখোইনা পুজা তৌই শৈতানবু। মখোইসি লৈখ্রে য়াম্না ফত্তবা ফিবমদা অমসুং থাপ্না হাইদোকখ্রে অচুম্বা লম্বীদগী।

وَاِذَا جَآءُوْكُمْ قَالُوْۤا اٰمَنَّا وَقَدْ دَّخَلُوْا بِالْكُفْرِ وَهُمْ قَدْ خَرَجُوْا بِهٖ ؕ وَاللّٰهُ اَعْلَمُ بِمَا كَانُوْا يَكْتُمُوْنَ ﴿٦٢﴾

৬২। অদুগা (হুৎ-ফেৎ হৈবা) মখোইনা লাক্লগা নখোইগী ননাক্তা মখোইনা হায়: "ঐখোই অচুম্বা থাজখ্রে," তৌইগুম্বসুং মখোই তশেংবমক চঙলকই থাজদবা ঙাইওইনদুনা অমসুং মখোই চখোকখি মদুগা লোয়ননা। অদুগা অল্লাহনা মুন্না খঙই মখোইনা লোৎশনবদু (মথম্মোইনুংশিংদা)।

وَتَرٰى كَثِيْرًا مِّنْهُمْ يُسَارِعُوْنَ فِى الْاِثْمِ وَالْعُدْوَانِ وَ

৬৩। অদুগা নংনা উই মখোই অয়াম্বনা খুমাং হোত্নুনা চেনশিনবা পাপ্তা অমসুং কা হেনবা থবক্তা

أَكْلِهِمُ السُّحْتَ ۚ لَبِئْسَ مَا كَانُوا يَعْمَلُونَ ﴿٦٣﴾

অমসুং হরাম পোৎশিং চাবদা। তশেংবমক ফত্তবনি মখোইনা তৌরিবদু।

لَوْلَا يَنْهَاهُمُ الرَّبَّانِيُّونَ وَالْأَحْبَارُ عَنْ قَوْلِهِمُ الْإِثْمَ وَأَكْلِهِمُ السُّحْتَ ۚ لَبِئْسَ مَا كَانُوا يَصْنَعُونَ ﴿٦٤﴾

৬৪। করি মরমগী রববীশিং অমসুং পুরিৎশিংনা থিংদবগে মখোইবু পাপকী ৱা ঙাঙবদগী অমসুং অথিংবা পোৎশিং চাবদগী? তশেংবমক ফত্তবনি মখোইনা তৌরিবদু।

وَقَالَتِ الْيَهُودُ يَدُ اللَّهِ مَغْلُولَةٌ ۚ غُلَّتْ أَيْدِيهِمْ وَلُعِنُوا بِمَا قَالُوا ۘ بَلْ يَدَاهُ مَبْسُوطَتَانِ يُنْفِقُ كَيْفَ يَشَاءُ ۚ وَلَيَزِيدَنَّ كَثِيرًا مِنْهُمْ مَا أُنْزِلَ إِلَيْكَ مِنْ رَبِّكَ طُغْيَانًا وَكُفْرًا ۚ وَأَلْقَيْنَا بَيْنَهُمُ الْعَدَاوَةَ وَالْبَغْضَاءَ إِلَىٰ يَوْمِ الْقِيَامَةِ ۚ كُلَّمَا أَوْقَدُوا نَارًا لِلْحَرْبِ أَطْفَأَهَا اللَّهُ ۚ وَيَسْعَوْنَ فِي الْأَرْضِ فَسَادًا ۚ وَاللَّهُ لَا يُحِبُّ الْمُفْسِدِينَ ﴿٦٥﴾

৬৫। অদুগা য়হুদীশিংনা হায়ঃ "অল্লাহগী মখুৎ বন্দ তৌখ্রে।" (মদু নত্তে) মখোইগী মখুৎশিং বন্দ তৌখ্রবনি অমসুং মখোইবু সিরাপসু তৌখ্রবনি মখোইনা (মতিক মপা চাদনা) ঙাঙ-শকপগী। নত্তে, মহাক্কী মখুৎ অনিমক পাক-শন্না তিংথোকপনি। মহাকনা পীথোকই (লন-থুম) মহাকনা চানবিবা (মতিকচাবশিং) দা। অদুগা নংগী মপুগী মায়কৈদগী নংঙোন্দা থাবিখিবা অদুনা হেনগৎহনবিখ্রে মখোই অয়াম্ববু কা হন্দোকপদা অমসুং অচুম্বা থাজদবদা। অদুগা ঐখোইনা (মরু) হুনবিখ্রে থকশি-খাশি নাইদবা অমসুং তুক্কচবা মখোইগী মরক্তা কিয়ামত নুমিৎ ফাওবদা। মখোইনা লানগী মৈ হৌগৎপা মতম খুদিংদা (মরাল লৈতবশিংগী মথক্তা) অল্লাহনা মুৎথৎপি মদু। তৌইগুম্বসুং মখোইনা হোৎনৈ (ইতৎ-তত্তনা) ঈরাং থোকহন্নবা লৈবাকদা। অদুগা অল্লাহনা নুংশিবিদে ঈরাং থোকহনবশিংবু।

وَلَوْ أَنَّ أَهْلَ الْكِتَابِ آمَنُوا وَاتَّقَوْا لَكَفَّرْنَا عَنْهُمْ سَيِّئَاتِهِمْ وَلَأَدْخَلْنَاهُمْ جَنَّاتِ النَّعِيمِ ﴿٦٦﴾

৬৬। অদুগা কিতাব ফংখিবা মীশিংনা অচুম্বা থাজরমখ্রবা অমসুং ধর্ম্ম কায়দবা ওইরমখ্রবদি, ঐখোইনা শোয়দনমক মুৎথৎপিরমগনি মখোইদগী মখোইগী ফত্তবশিং অমসুং চঙহনবিরমগনি মখোইবু থোইদোক্লা নুংঙাইখ্রবা স্বর্গ লৈকোনশিংদা।

وَلَوْ أَنَّهُمْ أَقَامُوا التَّوْرَاةَ وَالْإِنْجِيلَ وَمَا أُنْزِلَ إِلَيْهِمْ مِنْ رَبِّهِمْ لَأَكَلُوا مِنْ فَوْقِهِمْ وَمِنْ تَحْتِ

৬৭। অদুগা মখোইনা (চুম্না) ইল্লমলবদি তৌরাত অমসুং ইনজীল অমসুং (হৌজিক) মখোইদা থাবিরকখিবদু মখোইগী মপুদগী, মখোই শোয়দনমক চারমগনি (অফবা পোৎশিং)

ارْجُلِهِمْ ۭ مِنْهُمْ اُمَّةٌ مُّقْتَصِدَةٌ ۭ وَكَثِيْرٌ مِّنْهُمْ سَاۗءَ مَا يَعْمَلُوْنَ ۝٦٦

মখোইগী থক্তগী অমসুং মখোইগী মখোঙ খুয়া খাদগী। মখোইগী মরক্তা কাঙবু অমদি ময়ায় ওইনা ফবনি; তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বদি— য়াম্না ফত্তবনি মখোইনা তৌবদু।

১০ শুবা রুকূ

يٰٓاَيُّهَا الرَّسُوْلُ بَلِّغْ مَآ اُنْزِلَ اِلَيْكَ مِنْ رَّبِّكَ ۭ وَاِنْ لَّمْ تَفْعَلْ فَمَا بَلَّغْتَ رِسَالَتَهٗ ۭ وَاللّٰهُ يَعْصِمُكَ مِنَ النَّاسِ ۭ اِنَّ اللّٰهَ لَا يَهْدِي الْقَوْمَ الْكٰفِرِيْنَ ۝٦٧

৬৮। হে রসুল! খঙহল্লু নংঙোন্দা ফোংদোকপিখিবা অদু নংগী মপুদগী। তৌইগুম্বসুং নংনা তৌদ্রবদি (মদু), নংনা (করিসু) তাকথোক্তে মহাক্কী পাওজেন। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা ঙাকপিগনি নংবু মীশিংদগী। তশেংবমক অল্লাহনা লমজিংবিদে' লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু।

قُلْ يٰٓاَهْلَ الْكِتٰبِ لَسْتُمْ عَلٰي شَيْءٍ حَتّٰي تُقِيْمُوا التَّوْرٰىةَ وَالْاِنْجِيْلَ وَمَآ اُنْزِلَ اِلَيْكُمْ مِّنْ رَّبِّكُمْ ۭ وَلَيَزِيْدَنَّ كَثِيْرًا مِّنْهُمْ مَّآ اُنْزِلَ اِلَيْكَ مِنْ رَّبِّكَ طُغْيَانًا وَّكُفْرًا ۚ فَلَا تَاْسَ عَلَي الْقَوْمِ الْكٰفِرِيْنَ ۝٦٨

৬৯। হায়য়ু: "হে কিতাব ফংখিবা মীশিং! নখোই (অচুম্বা লম্বী) করিসু চত্তে নখোইনা ইন্দরিবা ফাওবা তৌরাত অমসুং ইনজীল অমসুং (হৌজিক) নখোইদা থাবিরকখিবদু নখোইগী মপুদগী।" অদুগা তশেংবমক নংগী মপুদগী নংঙোন্দা থাবিখিবা অদুনা হেনগৎহনবিখ্রে মখোই অয়াম্ববু থকশি খাশি নাইদবা অমসুং থাজদবা; মরম অদুনা (নং) করিসু ৱাগনু লমফৈ-খোঙফম্নবা মীশিংগীদমক্তা।

اِنَّ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَالَّذِيْنَ هَادُوْا وَالصّٰبِـُٔوْنَ وَالنَّصٰرٰى مَنْ اٰمَنَ بِاللّٰهِ وَالْيَوْمِ الْاٰخِرِ وَعَمِلَ صَالِحًا فَلَا خَوْفٌ عَلَيْهِمْ وَلَا هُمْ يَحْزَنُوْنَ ۝٦٩

৭০। থাঙ্গৈশেংবমক অচুম্বা থাজখ্রবশিং অমসুং য়হুদীশিং অমসুং সাবিয়ানশিং অমসুং খৃষ্টিয়ানশিং— (মখোইগী মরক্তা) কনাগুম্বনা থাজরবা অল্লাহবু অমসুং অরোয়বা নুমিৎপু অমসুং খোঙফম্নরবদি অফবা থবকশিং,—মখোই করিসু কিনঙাই লৈতে নত্তগা মখোই ৱানঙাইসু থোক্তে।

لَقَدْ اَخَذْنَا مِيْثَاقَ بَنِيْٓ اِسْرَاۗءِيْلَ وَاَرْسَلْنَآ اِلَيْهِمْ رُسُلًا ۭ كُلَّمَا جَاۗءَهُمْ رَسُوْلٌۢ بِمَا لَا تَهْوٰٓى اَنْفُسُهُمْ ۙ فَرِيْقًا كَذَّبُوْا وَفَرِيْقًا يَّقْتُلُوْنَ ۝٧٠

৭১। থাঙ্গৈশেংবমক ঐখোইনা লৌবিখি ৱাশক অমা ইস্রাঈল মচাশিংদগী অমসুং ঐখোইনা থাবিখি রসুলশিং মখোইদা। মতম খুদিংমক্তা লাকখিবদা মখোইদা রসুল অমমম লোয়ননা মখোইগী থম্মোইশিংনা পামদবা (পাওজেন) গা, মখোইনা তৌবিখি খরবু মীনম্বশিংনি হায়না অমসুং

وَحَسِبُوٓا أَلَّا تَكُونَ فِتْنَةٌ فَعَمُوا وَصَمُّوا ثُمَّ تَابَ اللَّهُ عَلَيْهِمْ ثُمَّ عَمُوا وَصَمُّوا كَثِيرٌ مِّنْهُمْ وَاللَّهُ بَصِيرٌ بِمَا يَعْمَلُونَ ﴿٧٢﴾

(অতোপ্পা) খরবুনা মখোইনা হোৎনখি হাৎনবা (ফাওবা)।

৭২। অদুগা মখোইনা নীংখি অৱা-অনং করিসু থোকলোই (মখোইদা), মরম অদুনা মখোই ওইখ্রে মমিৎ তাংবা অমসুং মনা পঙবা। অদুগী তুংদা অল্লাহনা ওনশনবিখি মখোইদা ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা; (অমুকহন্না) অদুগী তুংদা মখোই অয়াম্বনা ওইখ্রে মমিৎ তাংবা অমসুং মনা পঙবা। অদুগা অল্লাহনা ইউ-উই মখোইনা তৌরিবা-পুম্বা।

لَقَدْ كَفَرَ الَّذِينَ قَالُوٓا إِنَّ اللَّهَ هُوَ الْمَسِيحُ ابْنُ مَرْيَمَ وَقَالَ الْمَسِيحُ يَٰبَنِىٓ إِسْرَٰٓءِيلَ اعْبُدُوا اللَّهَ رَبِّى وَرَبَّكُمْ إِنَّهُ مَن يُشْرِكْ بِاللَّهِ فَقَدْ حَرَّمَ اللَّهُ عَلَيْهِ الْجَنَّةَ وَمَأْوَىٰهُ النَّارُ وَمَا لِلظَّٰلِمِينَ مِنْ أَنصَارٍ ﴿٧٣﴾

৭৩। থাঙ্গৈশেংবমক লমফে-খোঙফম্নখ্রবনি মখোইদো, মখোইনা হায়ঃ "তশেংবমক, অল্লাহ মহাক মসীহনি, মরয়মগী মচানিপা।" তৌইগুম্বসুং মসীহনা হায়বিখিঃ "হে ইস্রাঈল মচাশা! ভক্তি তৌ অল্লাহগী, (মহাক্তি) ঐগী মপুনি অমসুং নখোইগী মপুনি।" তশেংবমক, কনাগুম্বনা হায়জিল্লবদি অল্লাহগী মশরুক য়ামিন্নবা (অতৈ লাইশিং) লৈ, অল্লাহনা থিংবিখ্রে স্বর্গ লৈকোন মহাক্কী মথক্তা অমসুং মহাক্কী য়াতুংফমদি খাম্বি মৈকোনদনি। অদুগা অরানবা লম্বীনবশিংগী লৈতে তেংবাংবিনবা কনামতা।

لَقَدْ كَفَرَ الَّذِينَ قَالُوٓا إِنَّ اللَّهَ ثَالِثُ ثَلَٰثَةٍ وَمَا مِنْ إِلَٰهٍ إِلَّآ إِلَٰهٌ وَٰحِدٌ وَإِن لَّمْ يَنتَهُوا عَمَّا يَقُولُونَ لَيَمَسَّنَّ الَّذِينَ كَفَرُوا مِنْهُمْ عَذَابٌ أَلِيمٌ ﴿٧٤﴾

৭৪। থাঙ্গৈশেংবমক লমফে-খোঙফম্নখ্রবনি মখোইদো, মখোইনা হায়ঃ "তশেংবমক অল্লাহদি (ত্রি মূর্তিগী মীকোক) অহুমগী মনুংদা অমনি।" অদুগা চীঙু লাই কনামতা লৈতে খুদা অমা নত্তনা। অদুগা মখোইনা করিগুম্বা হন্দরবদি মখোইনা ঙাঙ-শকলিবা অদুদগী, মখোইগী মরক্তা অচুম্বা থাজদবশিংদু শোয়দনমক ফংগনি অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাক।

أَفَلَا يَتُوبُونَ إِلَى اللَّهِ وَيَسْتَغْفِرُونَهُ وَاللَّهُ غَفُورٌ رَّحِيمٌ ﴿٧٥﴾

৭৫। মখোইবু (মপুকনিং ফমহোংদুনা) ওনশল্লোইদ্রা অল্লাহদা অমসুং হায়জরোইদ্রা মহাকনা ঙাকপিনবগী: অদুগা অল্লাহদি য়োনজ কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

৭৬। মসীহ, মরয়মগী মচা নিপাদু, করিসু ওইরমদে রসুল অমা নত্তনা ; তশেংবমক (মহাক-গুম্বা) রসুল কয়া শিখ্রে মহাক্কী মমাংদা। অদুগা মহাক্কী মমাবোকদু অচুম্বা ফম্নৈনবী নুপীনি। মখোই (মমা মচা) অনি ইতৎ তত্তনা চরা চামিন্নরম্মী। য়েংউ করম তৌনা ঐখোইনা ফোংদোকপা পাও-জেনশিং মখোইগী কান্নবগাই ওইবা, (অমুকসু) য়েংউ করম তৌনা মখোই মমায় ওথোকখিবা (অচুম্বা রাফমদগী)।

مَا الْمَسِيحُ ابْنُ مَرْيَمَ إِلَّا رَسُولٌ قَدْ خَلَتْ مِنْ قَبْلِهِ الرُّسُلُ وَأُمُّهُ صِدِّيقَةٌ ۖ كَانَا يَأْكُلَانِ الطَّعَامَ ۗ انْظُرْ كَيْفَ نُبَيِّنُ لَهُمُ الْآيَاتِ ثُمَّ انْظُرْ أَنَّىٰ يُؤْفَكُونَ ﴿٧٦﴾

৭৭। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "নখোইনা থৌগল চঙব্রা অল্লাহ নত্তবা অতোপ্পদা, মদুনা মতিক করিসু লৈতবদা নখোইদা অমাঙবা নত্রগা অফবা তৌবগী?" অদুগা অল্লাহ মহাক্তি নখোইনা (ঙাঙবা) পুম্নমক ইতা-তাবনি, (তৌবা) পুম্নমক ইখঙ-খঙবনি।

قُلْ أَتَعْبُدُونَ مِنْ دُونِ اللَّهِ مَا لَا يَمْلِكُ لَكُمْ ضَرًّا وَلَا نَفْعًا ۚ وَاللَّهُ هُوَ السَّمِيعُ الْعَلِيمُ ﴿٧٧﴾

৭৮। (অমুকসু) হায়য়ুঃ হে কিতাব ফংখ্রবা মীশিং ! কা হেন্দোকপা তৌগনু নখোইগী ধর্ম্মদা (ঙাঙ-শক্তুনা) চুমদবা নত্রগা মতুং ইনগনু ফত্তবা অপাম্বশিংদা মমাংঙৈগী লম্মুক্লখ্রবা মীশিংগী অমসুং মখোইনা লম্মুক্লহনবিখ্রে কয়াবু, অমসুং মখোইসু লম্মুক্লখ্রে অচুম্বা লম্বীদগী।

قُلْ يَا أَهْلَ الْكِتَابِ لَا تَغْلُوا فِي دِينِكُمْ غَيْرَ الْحَقِّ وَلَا تَتَّبِعُوا أَهْوَاءَ قَوْمٍ قَدْ ضَلُّوا مِنْ قَبْلُ وَأَضَلُّوا كَثِيرًا وَضَلُّوا عَنْ سَوَاءِ السَّبِيلِ ﴿٧٨﴾ ع

১১ শুবা রুকূ

৭৯। ইস্রাঈল মচাশিংগী মরক্তগী লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু সিরাপ তৌবিরমখ্রে মরৈতোন্না দাউদ অমসুং ঈসা, মরয়মগী মচা নিপাগী। মদুগী মরমদি মখোই হায়বা ইনখিদে অমসুং কা হেন্দোকখি।

لُعِنَ الَّذِينَ كَفَرُوا مِنْ بَنِي إِسْرَائِيلَ عَلَىٰ لِسَانِ دَاوُودَ وَعِيسَى ابْنِ مَرْيَمَ ۚ ذَٰلِكَ بِمَا عَصَوْا وَكَانُوا يَعْتَدُونَ ﴿٧٩﴾

৮০। মখোই মশেল অমনা অমবু থিংখিদে ফত্তবা থবক মখোইনা তৌখিবদগী। তশেংবমক ফত্তবনি মখোইনা মশিঙ্গাং ওইনা তৌখিবদু ।

كَانُوا لَا يَتَنَاهَوْنَ عَنْ مُنْكَرٍ فَعَلُوهُ ۚ لَبِئْسَ مَا كَانُوا يَفْعَلُونَ ﴿٨٠﴾

৮১। নংনা উগনি মখোই অয়াম্বা লমলোই লেংতিন্নবা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগা। তশেং-

تَرَىٰ كَثِيرًا مِنْهُمْ يَتَوَلَّوْنَ الَّذِينَ كَفَرُوا ۚ لَبِئْسَ مَا

বমক ফত্তবনি মখোইনা থাজখিবা (থবকশিং) দু মমাংদা মখোই মশা-মশাগী, (মদুগী ফল ওইনা) অল্লাহনা শাউবিখ্রে মখোইবু, অমসুং চৈরাক দণ্ডদা মখোই লাংথুনদুনা লৈরগনি।

قَدَّمَتْ لَهُمْ أَنْفُسُهُمْ أَنْ سَخِطَ اللّٰهُ عَلَيْهِمْ وَفِي الْعَذَابِ هُمْ خٰلِدُونَ ﴿٨٠﴾

৮২। অদুগা মখোইনা থাজরমলবদি অল্লাহবু অমসুং নবীবু অমসুং মণোন্দা থাবিখিবদু, মখোইনা লৌরম্মোই (ধর্ম্ম চত্তবশিং) মখোইবু মরূপশিং ওইনা, তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বা লমকেৎ লমহাইবশিংনি।

وَلَوْ كَانُوا يُؤْمِنُونَ بِاللّٰهِ وَالنَّبِيِّ وَمَا أُنْزِلَ إِلَيْهِ مَا اتَّخَذُوهُمْ أَوْلِيَاءَ وَلٰكِنَّ كَثِيرًا مِنْهُمْ فٰسِقُونَ ﴿٨١﴾

৮৩। নংনা তশেংবমক ফংগনি মীওইবশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না য়েক্লচাওবদি অচুম্বা থাজবশিংগী মথক্তা য়হুদীশিংনি অমসুং লাই মথোং-মরম খঙদনা ঈরাৎপশিংনি। অদুগা নংনা শোয়দনমক ফংগনি খ্বাইদগী হেন্না নকশিন্না মরূপনবা অচুম্বা থাজবশিংদা মখোইদুনি, মখোইনা হায়ঃ "ঐখোই খৃষ্টিয়ানশিংনি।" মসিগী মরমদি অসিনিঃ মখোইগী মরক্তা (অল্লাহবু কিজবা) পাদরীশিং অমসুং সন্ন্যাসীশিং য়াওরি, অমসুং মখোই নাপল- লুথোংনদে।

لَتَجِدَنَّ أَشَدَّ النَّاسِ عَدَاوَةً لِلَّذِينَ آمَنُوا الْيَهُودَ وَالَّذِينَ أَشْرَكُوا ۚ وَلَتَجِدَنَّ أَقْرَبَهُمْ مَوَدَّةً لِلَّذِينَ آمَنُوا الَّذِينَ قَالُوا إِنَّا نَصٰرٰى ۚ ذٰلِكَ بِأَنَّ مِنْهُمْ قِسِّيسِينَ وَرُهْبَانًا وَأَنَّهُمْ لَا يَسْتَكْبِرُونَ ﴿٨٢﴾

সিপারহ ৭ঃ রইজা সমিউ

৮৪। অদুগা মখোইনা তারগা রসুল অসিদা থাবিখিবদু নংনা উগনি মখোইগী মমিৎশিং তরং ঈহৌবা, মখোইনা অচুম্বা (তরং-তরং) খঙলকপদা। মখোইনা হায়ঃ ঐখোইগী মপুও! ঐখোইনা অচুম্বা থাজরে, মরম অদুনা ইশিনবিয়ু ঐখোইবু সাক্ষী পীবশিংদুগী মরক্তা।

وَإِذَا سَمِعُوا مَا أُنْزِلَ إِلَى الرَّسُولِ تَرٰى أَعْيُنَهُمْ تَفِيضُ مِنَ الدَّمْعِ مِمَّا عَرَفُوا مِنَ الْحَقِّ ۚ يَقُولُونَ رَبَّنَا آمَنَّا فَاكْتُبْنَا مَعَ الشّٰهِدِينَ ﴿٨٣﴾

৮৫। অদুগা করি মরম লৈ ঐখোইনা থাজরোইদবা অল্লাহবু অমসুং অচুম্বা (রাপাও) বু মদু লাকখ্রবদা ঐখোইদা অমসুং ঐখোইনা আশা তৌজে ঐখোইগী মপুনা তিনহনবিনি ঐখোইবু ধর্ম্ম লৈবা মীশিংগী মরক্তা ?

وَمَا لَنَا لَا نُؤْمِنُ بِاللّٰهِ وَمَا جَاءَنَا مِنَ الْحَقِّ وَنَطْمَعُ أَنْ يُدْخِلَنَا رَبُّنَا مَعَ الْقَوْمِ الصّٰلِحِينَ ﴿٨٤﴾

৮৬। মরম অদুনা অল্লাহনা মনা পীবিখি মখোইবু,

فَأَثَابَهُمُ اللّٰهُ بِمَا قَالُوا جَنّٰتٍ تَجْرِي مِنْ تَحْتِهَا الْأَنْهٰرُ

خٰلِدِيْنَ فِيْهَا ۚ وَذٰلِكَ جَزَآءُ الْمُحْسِنِيْنَ ۝٨٥

মখোইনা হায়খিবগীদমক, স্বর্গ লৈকোনশিং মখা অদুদা তুরেলশিং ঈচেল্লি, মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগনি (লোম্বা লৈতনা) ; অমসুং মদুনি মনা-মথিন অফবা থানবশিংগী (অতোপ্পদা)।

وَالَّذِيْنَ كَفَرُوْا وَكَذَّبُوْا بِاٰيٰتِنَآ اُولٰٓئِكَ اَصْحٰبُ الْجَحِيْمِ ۝٨٦

৮৭। অদুগা অচুম্বা থাজদবশিং অমসুং ঐখোইগী পাওজেলশিংবু য়াদবশিংদো, মখোইসিনি মরূপশিং খাম্বি মৈত্রেং অচাকপগী।

১২ শুবা রুকূ

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا لَا تُحَرِّمُوْا طَيِّبٰتِ مَآ اَحَلَّ اللّٰهُ لَكُمْ وَلَا تَعْتَدُوْا ۚ اِنَّ اللّٰهَ لَا يُحِبُّ الْمُعْتَدِيْنَ ۝٨٧

৮৮। হে অচুম্বা থাজবশিং! 'হরাম' (বে-আইনী) তৌথোক্কনু অশেংবা পোৎশিংবু অল্লাহনা 'হলাল' (আইন্না য়াবা) ওইহনবিখ্রবদা নখোইগীদমক্তা অমসুং কা হেনবা তৌগনু। তশেংবমক অল্লাহনা নুংশিবিদে কা হেনবশিংবু।

وَكُلُوْا مِمَّا رَزَقَكُمُ اللّٰهُ حَلٰلًا طَيِّبًا ۖ وَّاتَّقُوا اللّٰهَ الَّذِيْٓ اَنْتُمْ بِهٖ مُؤْمِنُوْنَ ۝٨٨

৮৯। অদুগা চাও অল্লাহনা নখোইদা পীখিবা 'হলাল' ওইবা অমসুং অশেংবা (পোৎ) শিংতা; অমসুং কিয়ু অল্লাহবু, মহাকপু নখোইনা (চপচানা) থাজখ্রবদা।

لَا يُؤَاخِذُكُمُ اللّٰهُ بِاللَّغْوِ فِيْٓ اَيْمَانِكُمْ وَلٰكِنْ يُّؤَاخِذُكُمْ بِمَا عَقَّدْتُّمُ الْاَيْمَانَ ۚ فَكَفَّارَتُهٗٓ اِطْعَامُ عَشَرَةِ مَسٰكِيْنَ مِنْ اَوْسَطِ مَا تُطْعِمُوْنَ اَهْلِيْكُمْ اَوْ كِسْوَتُهُمْ اَوْ تَحْرِيْرُ رَقَبَةٍ ۗ فَمَنْ لَّمْ يَجِدْ فَصِيَامُ ثَلٰثَةِ اَيَّامٍ ۗ ذٰلِكَ كَفَّارَةُ اَيْمَانِكُمْ اِذَا حَلَفْتُمْ ۗ وَاحْفَظُوْٓا اَيْمَانَكُمْ ۗ كَذٰلِكَ يُبَيِّنُ اللّٰهُ لَكُمْ اٰيٰتِهٖ لَعَلَّكُمْ تَشْكُرُوْنَ ۝٨٩

৯০। অল্লাহনা লৌবিরোই হিসাব নখোইনা নাতৈ-উতৈ চাদনা তৌবগী রাশকশিং, তৌইগুম্বসুং মহাকনা লৌবিগনি হিসাব নখোইনা চাননা তৌখিবা রাশকশিংগী। লাল্লুবা শেংদোক্নবগী দণ্ডিদি ঃ চাক পিজবা তাইএ অনংবা মী তরা নখোইগী ইমুংগী মীশিংবু (নিতিগী) পিজবগী চাংদা নত্ত্রগা মখোই (তরা) গী ফিজোন থোনগদবনি নত্ত্রগা মীনাই অমা মনীং তমহনগদবনি। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা লৈতরবদি, মহাক রোজহ তৌগদবনি নুমিৎ শিংবুম অহুম। লাল্লুবা শেংদোক্নবগী দণ্ডসি নখোইনা (নিয়ম কায়না) তৌরুবগীনি রাশকশিং। অসুম্না অল্লাহনা তশেংনা খঙহল্লি নখোইবু মহাক্কী পাওজেলশিং অদুনা নখোইনা উৎচনবা তৌবিমল খঙবা (মহাক্কী লমজিংগী)।

৯১। হে অচুম্বা থাজবশিং! য়ু অমসুং জুৱ্বার অমসুং লাইগী মূর্তিশিং অমসুং লায়বক খেল য়েংবা (তেন্দোংদগী) তেঞ্জৈ শংলগা তুক্কচত্রবা থবকশিংনি শৈতানগী। মরম অদুনা থাদোকও মখোই খুদিংমক অদুনা নখোইনা ফংহৌনবা (থৱ্বাইগী লন-থোই) চাওখৎপা।

يٰٓأَيُّهَا الَّذِينَ اٰمَنُوٓا إِنَّمَا الْخَمْرُ وَالْمَيْسِرُ وَالْأَنْصَابُ وَالْأَزْلَامُ رِجْسٌ مِّنْ عَمَلِ الشَّيْطٰنِ فَاجْتَنِبُوهُ لَعَلَّكُمْ تُفْلِحُونَ ﴿٩٠﴾

৯২ শৈতান্না পামই থাজিনবা য়েংথীনবা অমসুং তুক্কচবা নখোইগী মরক্তা য়ু অমসুং জুৱ্বারগী মতেংনা, অমসুং হাইদোকহনবা নখোইবু অল্লাহবু নীংশিঙবদগী অমসুং নমাজদগী। মওং মতাদুদা নখোইবু হন্দোকনীংদৱ্রা (ফত্তবশিংসিদগী) ?

إِنَّمَا يُرِيدُ الشَّيْطٰنُ أَنْ يُّوقِعَ بَيْنَكُمُ الْعَدَاوَةَ وَالْبَغْضَآءَ فِي الْخَمْرِ وَالْمَيْسِرِ وَيَصُدَّكُمْ عَنْ ذِكْرِ اللّٰهِ وَعَنِ الصَّلٰوةِ فَهَلْ أَنْتُمْ مُّنْتَهُونَ ﴿٩١﴾

৯৩। অদুগা ইল্লু ময়াথং অল্লাহগী অমসুং ইল্লু রসুলনা হায়বদা অমসুং চেকশল্লু। তৌইগুম্বসুং নখোইনা মায় ওথোকলবদি; অদুগী মতমদা খঙজু ঐখোইগী রসুলগী থবক্তি তশেং-তশেংনা পাওথুংবতনি।

وَأَطِيعُوا اللّٰهَ وَأَطِيعُوا الرَّسُولَ وَاحْذَرُوا فَإِنْ تَوَلَّيْتُمْ فَاعْلَمُوٓا أَنَّمَا عَلٰى رَسُولِنَا الْبَلٰغُ الْمُبِينُ ﴿٩٢﴾

৯৪। অদুগুম্বা মীওইশিংদুগী মথক্তা মখোইনা অচুম্বা থাজরবা অমসুং তৌরবা অফবা থবকশিং পাপ করিসু লৈতে মখোইনা চাখিবগী (অথিংবা হুকুমগী মমাংদা), মখোইনা (হৌজিক) কিরবা অল্লাহবু অমসুং থাজরবা অমসুং তৌরবা অফবা থবকশিং, অমসুং (অমুকহন্না) কিরবা অল্লাহবু অমসুং থাজরবা, হৌজিকসু (অমুকহন্না) কিরবা অল্লাহবু অমসুং তৌরবা অফবা। অদুগা অল্লাহনা নুংশিবি অফবা খানবশিংবু (পুম্নমক্তা)।

لَيْسَ عَلَى الَّذِينَ اٰمَنُوا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ جُنَاحٌ فِيمَا طَعِمُوٓا إِذَا مَا اتَّقَوْا وَّاٰمَنُوا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ ثُمَّ اتَّقَوْا وَّاٰمَنُوا ثُمَّ اتَّقَوْا وَّأَحْسَنُوا وَاللّٰهُ يُحِبُّ الْمُحْسِنِينَ ﴿٩٣﴾

৯৫। হে অচুম্বা থাজবশিং! অল্লাহনা তশেংবমক চাং য়েংবিগদৌরি নখোইবু (অপিকপা) শিকার (থেংনহনবিদুনা) মদু নখোইগী নখুৎশিংনা অমসুং নখোইগী তাশিংনা ফংনিং-ফংনিং তৌহনবিদুনা, অদুনা অল্লাহনা খঙনবা কনা-কনানা কিবা মহাকপু অরোনবদা। মরম অদুনা, কনাগুম্বনা মতুং অসিদা (হুকুম অসিগী) রাংমা লাল্লবদি, ফংগনি অৱাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

يٰٓأَيُّهَا الَّذِينَ اٰمَنُوا لَيَبْلُوَنَّكُمُ اللّٰهُ بِشَيْءٍ مِّنَ الصَّيْدِ تَنَالُهٗٓ أَيْدِيكُمْ وَرِمَاحُكُمْ لِيَعْلَمَ اللّٰهُ مَنْ يَّخَافُهٗ بِالْغَيْبِ فَمَنِ اعْتَدٰى بَعْدَ ذٰلِكَ فَلَهٗ عَذَابٌ أَلِيمٌ ﴿٩٤﴾

৯৬। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোই হাৎকনু শিকার তীর্থ খোঙচৎকী ফিবমগী মনুংদা। অদুগা নখোইগী মরক্তা কনাগুম্বনা হাৎলুরবদি মদু তৌনীংবগা লোয়ননা, মদু ৱাকোংগদবনি: মহাকনা হাৎখিবা শা অদুগা মান্নবা যুমশা অমা, মদু মখোইগী মরক্তগী অচুম্বা শকপান্নবা মী অনিনা ৱা লেপকদবনি, (মফম অদুদা), কুরবানীগুম্না পুরক্কদবনি মদু ক'অবহদা নত্তগা মদুগী 'কফফারহ' (প্রায়শ্চিত্ত) ওইনা লাইরবা মী খরা চাক পিজগদবনি, নত্তগা (পিজগদৌবা চরা মশিংগা) নুমিৎ মশিং মান্ননা রোজহ তৌগদবনি, অদুনা মহাক মহাউ তংবা তাই চৈরাক মহাক্কী থবক্কী। (অথিংবসিগী) মমাংদা তৌখিবগীদি, অল্লাহনা কোকপি মদু; তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা হনজল্লবদি (মদুদা অমুকহন্না) অল্লাহনা থাবিগনি চৈরাক মহাকপু (লম হেনবগী)। অদুগা অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, লমল খুম্বা ঙম্বা মপুনি।

يَاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا لَا تَقْتُلُوا الصَّيْدَ وَاَنْتُمْ حُرُمٌ ۭ وَمَنْ قَتَلَهٗ مِنْكُمْ مُّتَعَمِّدًا فَجَزَاۗءٌ مِّثْلُ مَا قَتَلَ مِنَ النَّعَمِ يَحْكُمُ بِهٖ ذَوَا عَدْلٍ مِّنْكُمْ هَدْيًۢا بٰلِغَ الْكَعْبَةِ اَوْ كَفَّارَةٌ طَعَامُ مَسٰكِيْنَ اَوْ عَدْلُ ذٰلِكَ صِيَامًا لِّيَذُوْقَ وَبَالَ اَمْرِهٖ ۭ عَفَا اللّٰهُ عَمَّا سَلَفَ ۭ وَمَنْ عَادَ فَيَنْتَقِمُ اللّٰهُ مِنْهُ ۭ وَاللّٰهُ عَزِيْزٌ ذُو انْتِقَامٍ ۝

৯৭। সমুদ্রদা শিকার তৌবা অমসুং মদু চাবা হলাল ওইহনবি নখোইদা চিঞ্জাক ওইনা নখোইগী অমসুং লংফৈ চৎপশিংগী; তৌইগুম্বসুং নখোইদা থিংখিবদি কংফালগী শিকারনি নখোইনা তীর্থ খোঙচৎকী ফিবমদা লৈরিমখে। অদুগা অল্লাহবু কিযু—মহাক্কী মায়কৈদা খোমজিনবিগনি নখোইবু।

اُحِلَّ لَكُمْ صَيْدُ الْبَحْرِ وَطَعَامُهٗ مَتَاعًا لَّكُمْ وَلِلسَّيَّارَةِ ۚ وَحُرِّمَ عَلَيْكُمْ صَيْدُ الْبَرِّ مَا دُمْتُمْ حُرُمًا ۭ وَاتَّقُوا اللّٰهَ الَّذِيْٓ اِلَيْهِ تُحْشَرُوْنَ ۝

৯৮। অল্লাহনা শেম্বিখ্রে ক'অবহ, অশেংবা যুমজাওবু, পাম্বৈ ওইনা য়োক্লবগী অমসুং ফিবম ফগৎহন্নবগী মীওইবশিংগী অমসুং (অসিতা নত্তনা) অশেংবা থাজা (হজ্জগী) অমসুং কুরবানী কৎনবগী শাশিং অমসুং লৈ পরেং শিবিখ্রবা (উট) শিং। মসি অসুম্না ওইহনবিখ্রে অদুনা মখোইনা খঙজনবা মদুদি অল্লাহনা ইখঙ-খঙই আসমান-দা লৈরিবা-পুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা-পুম্বা; অমসুং অল্লাহদি অখঙবনি পোৎ পুম্নমক্কী।

جَعَلَ اللّٰهُ الْكَعْبَةَ الْبَيْتَ الْحَرَامَ قِيٰمًا لِّلنَّاسِ وَالشَّهْرَ الْحَرَامَ وَالْهَدْيَ وَالْقَلَاۗىِٕدَ ۭ ذٰلِكَ لِتَعْلَمُوْٓا اَنَّ اللّٰهَ يَعْلَمُ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَمَا فِي الْاَرْضِ وَاَنَّ اللّٰهَ بِكُلِّ شَيْءٍ عَلِيْمٌ ۝

৯৯। খখঙু অল্লাহদি শাথীবনি ৱায়েল-চৈরাক

اِعْلَمُوْٓا اَنَّ اللّٰهَ شَدِيْدُ الْعِقَابِ وَاَنَّ اللّٰهَ غَفُوْرٌ

رَّحِيْمٌ ﴿٩٩﴾

পীবদা অমসুং (অমুকসু) অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

مَا عَلَى الرَّسُوْلِ اِلَّا الْبَلٰغُ ؕ وَ اللّٰهُ يَعْلَمُ مَا تُبْدُوْنَ وَ مَا تَكْتُمُوْنَ ﴿١٠٠﴾

১০০। রসুলগী দায়ী হায়বমক্তবু পাওজেন থুংহনবনি। অদুগা অল্লাহনা খঙই নখোইনা ফোংদোকপসু অমসুং লোৎশনবসু।

قُلْ لَّا يَسْتَوِى الْخَبِيْثُ وَ الطَّيِّبُ وَلَوْ اَعْجَبَكَ كَثْرَةُ الْخَبِيْثِ ۚ فَاتَّقُوا اللّٰهَ يٰۤاُولِى الْاَلْبَابِ لَعَلَّكُمْ تُفْلِحُوْنَ ﴿١٠١﴾

১০১। হায়য়ু ঃ মান্নদে ফত্তবা অমসুং অফবা, ফত্তবনা মরাংকায়মন্দুনা পেনহনবসু য়াই নংবু। মরম অদুনা অল্লাহবু কিয়ু হে জ্ঞান চৈরোইনবা মীশিং! অদুনা নখোই ফংজনবা (থরাইগী) চাওখৎপা।

১৪ শুবা রুকূ

يٰۤاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا لَا تَسْـَٔلُوْا عَنْ اَشْيَآءَ اِنْ تُبْدَ لَكُمْ تَسُؤْكُمْ ۚ وَاِنْ تَسْـَٔلُوْا عَنْهَا حِيْنَ يُنَزَّلُ الْقُرْاٰنُ تُبْدَ لَكُمْ ؕ عَفَا اللّٰهُ عَنْهَا ؕ وَ اللّٰهُ غَفُوْرٌ حَلِيْمٌ ﴿١٠٢﴾

১০২। হে অচুম্বা থাজবশিং! রা হংগনু থৌরম-থৌদাশিং (মপুং ফাদনা তাকখিবা অদু) গী মরমদা, মদু নখোইদা ফোংদোকলবদি, নখোইদা থোক্কনি অৱাবা; তৌইগুম্বসুং নখোইনা রা হংলমলবদি মখোইগী মরমদা কুরআন থাবিরকলিঙৈগী চৈনুংদা, মখোইদু শিং-শিংনা ফোংদোকপিরমগনি নখোইদা। অল্লাহনা চিথরমখ্রে মখোইদু তৌনীংনা। অদুগা অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, খাংবিহৈবনি।

قَدْ سَاَلَهَا قَوْمٌ مِّنْ قَبْلِكُمْ ثُمَّ اَصْبَحُوْا بِهَا كٰفِرِيْنَ ﴿١٠٣﴾

১০৩। নখোইগী মমাংদা লৈরম্বা মীরোন অমনা তশেংনমক হংখি অসিগুম্বা ৱাহংশিং, অদুগী তুংদা মখোই ওইখি লময়ে-খোঙফম্নবশিং মদুদা।

مَا جَعَلَ اللّٰهُ مِنْۢ بَحِيْرَةٍ وَّلَا سَآئِبَةٍ وَّلَا وَصِيْلَةٍ وَّلَا حَامٍ ۙ وَّلٰكِنَّ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا يَفْتَرُوْنَ عَلَى اللّٰهِ الْكَذِبَ ؕ وَ اَكْثَرُهُمْ لَا يَعْقِلُوْنَ ﴿١٠٤﴾

১০৪। অল্লাহনা য়াথংনবিখিদে (অপঙশিংগী নীতি ঃ) 'বহীরহ' নত্ত্রগা 'সাইবহ' নত্ত্রগা 'ৱসিলহ' নত্ত্রগা 'হামী'; তৌইগুম্বসুং লময়ে-খোঙফম্ন-বশিংনা (শাজিন-শাজিন্দুনা) মীনম্বা ৱা ভাঙ-শকই অল্লাহগী মথক্তা, অমসুং মখোই অয়াম্বনা করিসু খঙদে।

وَ اِذَا قِيْلَ لَهُمْ تَعَالَوْا اِلٰى مَاۤ اَنْزَلَ اللّٰهُ وَ اِلَى

১০৫। অদুগা মখোইদা অসি হায়খিবদা ঃ "লাকও অল্লাহনা থাবিরকখিবদুগী অমসুং

الرَّسُولِ قَالُوا حَسْبُنَا مَا وَجَدْنَا عَلَيْهِ آبَاءَنَا ۚ أَوَلَوْ كَانَ آبَاؤُهُمْ لَا يَعْلَمُونَ شَيْئًا وَلَا يَهْتَدُونَ ﴿١٠٤﴾

রসুলগী মায়কৈদা." মখোইনা পাওখুম্মি: "ঐখোইগীদি ওকলে ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংনা চৎলম্বা অদুনা।" করি! মখোইগী মপা-মপুশিংনা করিমত্তা খঙলমদ্রবসু অমসুং লম্জিং ইল্লমখিদ্রবসু।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا عَلَيْكُمْ أَنْفُسَكُمْ ۖ لَا يَضُرُّكُمْ مَنْ ضَلَّ إِذَا اهْتَدَيْتُمْ ۚ إِلَى اللَّهِ مَرْجِعُكُمْ جَمِيعًا فَيُنَبِّئُكُمْ بِمَا كُنْتُمْ تَعْمَلُونَ ﴿١٠٥﴾

১০৬। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোই নশা চেকশল্লু। লম্মুক্কখ্রবা মীনা ওমলোই মাঙহনবা নখোইবু নখোইনা অচুম্বা লমজিং ইনখ্রবদা। অল্লাহদা নখোই পুম্নমক হনজনগনি, মতম অদুদা মহাকনা খঙহনবিগনি নখোইদা নখোইনা নশিঞ্জাং ওইনা তৌখিবদু।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا شَهَادَةُ بَيْنِكُمْ إِذَا حَضَرَ أَحَدَكُمُ الْمَوْتُ حِينَ الْوَصِيَّةِ اثْنَانِ ذَوَا عَدْلٍ مِنْكُمْ أَوْ آخَرَانِ مِنْ غَيْرِكُمْ إِنْ أَنْتُمْ ضَرَبْتُمْ فِي الْأَرْضِ فَأَصَابَتْكُمْ مُصِيبَةُ الْمَوْتِ ۚ تَحْبِسُونَهُمَا مِنْ بَعْدِ الصَّلَاةِ فَيُقْسِمَانِ بِاللَّهِ إِنِ ارْتَبْتُمْ لَا نَشْتَرِي بِهِ ثَمَنًا وَلَوْ كَانَ ذَا قُرْبَىٰ ۙ وَلَا نَكْتُمُ شَهَادَةَ اللَّهِ إِنَّا إِذًا لَمِنَ الْآثِمِينَ ﴿١٠٦﴾

১০৭। হে অচুম্বা থাজবশিং! কৌশিল্লু সাক্ষী ওইনবগী নখোইগী মরক্তা. নখোই কনাগুম্বা শিরমদাইদা. উইল তৌবা মতমদা, অচুম-অরান কায়দবা মী অনি নখোইগী মরক্তগী, নত্তগা অতোপ্পা মী অনি নখোইগী নত্তবা, নাখোইনা লংফৈ চৎলিঙৈদা লৈবাক মনুংদা. অদুগী মতমদা নখোই শিগদবা থোকলবদি। খামদুনা থম্মু মখোই অনিবু (মসজিদদা) নমাজ (অস)গী মতুংদা (সাক্ষী শৈহন্নবগী). মতমদুদা মখোইবু কসম তৌহল্লু অল্লাহগী. নখোইনা চিংনরবদি (মখোইবু, অসুম হায়হল্লু:) "ঐখোই লৌজরোই মমল করিমত্তা মসিগী, মরী-মত্তা থোক্লবা ওইরবসু (মীশক মীমায় য়েংজরোই). নত্তগা ঐখোইনা লোংশিনজরোই অল্লাহগী সাক্ষী: (করিগুম্বা ঐখোইনা লোংলবদি) তশেংবমক ঐখোই ওইজগনি পাপীশিং।"

فَإِنْ عُثِرَ عَلَىٰ أَنَّهُمَا اسْتَحَقَّا إِثْمًا فَآخَرَانِ يَقُومَانِ مَقَامَهُمَا مِنَ الَّذِينَ اسْتَحَقَّ عَلَيْهِمُ الْأَوْلَيَانِ فَيُقْسِمَانِ بِاللَّهِ لَشَهَادَتُنَا أَحَقُّ مِنْ شَهَادَتِهِمَا وَمَا اعْتَدَيْنَا

১০৮। মখোই অনিদু পাপ তৌরে হায়বা খঙলকলবদি. অতোপ্পা মী অনি চোংথোক্কদবনি অহানবা সাক্ষী অনিনা (মীনমদুনা) মখোইগী হক মাঙহন্নবা তৌবিখিবশিং অদুগী মরক্তগী— মরমদুনা মখোই অনিদু অল্লাহগী কসম তৌহল্লগা (অসুম হায়হল্লু): "তশেংবমক ঐখোইগী সাক্ষীনা হেন্না চুমই মখোই অনিগী সাক্ষীদগী. অমসুং

ঐখোই মীচং নাইবা তৌজরোই: করিগুম্বা ঐখোইনা তৌরবদি, থাঙ্গৈশেংবমক ঐখোই ওইজগনি অরানবা তৌবশিং।"

إِنَّآ إِذًا لَّمِنَ الظَّٰلِمِينَ

১০৭। অসুম্না ওইথোকপা য়াই মদুদি মখোইনা সাক্ষী পীগনি অওইবা ৱাবু চুম্না নত্তগা মখোই কিগনি মদুদি অতোপ্পা ৱাশকশিং লৌখিগনি মখোইগী ৱাশকশিং (ককথৎলব) গী মতুংদা। অদুনা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং তাও (মহাক্কী হুকুম); অমসুং অল্লাহনা লমজিংবিদে লমকেৎ-লমহাইবা মীশিংবু।

ذَٰلِكَ أَدْنَىٰٓ أَن يَأْتُوا۟ بِٱلشَّهَٰدَةِ عَلَىٰ وَجْهِهَآ أَوْ يَخَافُوٓا۟ أَن تُرَدَّ أَيْمَٰنٌۢ بَعْدَ أَيْمَٰنِهِمْ ۗ وَٱتَّقُوا۟ ٱللَّهَ وَٱسْمَعُوا۟ ۗ وَٱللَّهُ لَا يَهْدِى ٱلْقَوْمَ ٱلْفَٰسِقِينَ

১৫ শুবা রুকূ

১১০। (ৱাখল থম্মু) কোরৌ নোংজা অমদা অল্লাহনা পুল্লপ্পা খোমজিনবিগনি রসুলশিংবু অমসুং হায়বিগনিঃ "করি পাওখুম পীরকখিবগে নখোইদা?" মখোইনা পাওখুমগনিঃ "ঐখোই করিসু খঙজদে। থাঙ্গৈশেংবমক নহাক্তি অখঙবনি অরোন-অথুপ পুম্নমক।"

يَوْمَ يَجْمَعُ ٱللَّهُ ٱلرُّسُلَ فَيَقُولُ مَاذَآ أُجِبْتُمْ ۖ قَالُوا۟ لَا عِلْمَ لَنَآ ۖ إِنَّكَ أَنتَ عَلَّٰمُ ٱلْغُيُوبِ

১১১। মতম অদুমক্তদা অল্লাহনা হায়বিগনিঃ হে ঈসা, মরয়মগী মচানিপা, নীংশিঙঙু ঐগী থৌজাল (পীখিবদু) নংঙোন্দা অমসুং নমাবোক্তা। (য়েংউ!) ঐনা নপাঙ্গল হেনগৎহনবিখি নংবু থৱাই অশেংবা লোয়নহনবিদুনা, অদুনা নংনা ৱা ঙাঙখি মীশিংদা নাওশুমদা অমসুং অহল ওইরবদা; অমসুং (য়েংউ!) ঐনা তম্বিখি নংবু কিতাব, মহৈ-মশিং, তৌরাত অমসুং ইনজীল; অমসুং (য়েংউ!) নংনা মওং-শেমখি উচেক্কী লৈখোম্না ঐগী হুকুমনা, অদুগী তুংদা নংনাসোর কামশনখি মদুদা অমসুং মদু ওইরকখি উচেক অমা ঐগী হুকুমনা; অমসুং নংনা ফহনবিখি মমিৎ তাংবশিং অমসুং লাইথুং থুংবশিং ঐগী হুকুমনা; অমসুং (য়েংউ!) নংনা হিংগৎহনবিখি অশিবশিংবু ঐগী হুকুমনা; অমসুং (য়েংউ!) ঐনা খামজনবিখি ইস্রাঈল মচাশিংবু (নথৱাই মাঙহন-

إِذْ قَالَ ٱللَّهُ يَٰعِيسَى ٱبْنَ مَرْيَمَ ٱذْكُرْ نِعْمَتِى عَلَيْكَ وَعَلَىٰ وَٰلِدَتِكَ إِذْ أَيَّدتُّكَ بِرُوحِ ٱلْقُدُسِ تُكَلِّمُ ٱلنَّاسَ فِى ٱلْمَهْدِ وَكَهْلًا ۖ وَإِذْ عَلَّمْتُكَ ٱلْكِتَٰبَ وَٱلْحِكْمَةَ وَٱلتَّوْرَىٰةَ وَٱلْإِنجِيلَ ۖ وَإِذْ تَخْلُقُ مِنَ ٱلطِّينِ كَهَيْـَٔةِ ٱلطَّيْرِ بِإِذْنِى فَتَنفُخُ فِيهَا فَتَكُونُ طَيْرًۢا بِإِذْنِى ۖ وَتُبْرِئُ ٱلْأَكْمَهَ وَٱلْأَبْرَصَ بِإِذْنِى ۖ وَإِذْ تُخْرِجُ ٱلْمَوْتَىٰ بِإِذْنِى ۖ وَإِذْ كَفَفْتُ بَنِىٓ إِسْرَٰٓءِيلَ عَنكَ إِذْ جِئْتَهُم بِٱلْبَيِّنَٰتِ فَقَالَ ٱلَّذِينَ كَفَرُوا۟ مِنْهُمْ إِنْ هَٰذَآ إِلَّا

سِحۡرٌ مُّبِيۡنٌ ﴿۱۱۰﴾

গদৌবদগী) নংবু—নংনা লাকখিবদা মখোইদা তশেংবা দলিলশিংগা ; মতমদুদা মখোইগী মরক্তা অচুম্বা থাজদবশিংনা হায়খি ঃ "মসি করিসু নত্তে তশেংলবা জাদু-মন্ত্র নত্তনা।"

وَاِذۡ اَوۡحَيۡتُ اِلَى الۡحَوَارِيّٖنَ اَنۡ اٰمِنُوۡا بِىۡ وَبِرَسُوۡلِىۡ ۚ قَالُوۡۤا اٰمَنَّا وَاشۡهَدۡ بِاَنَّنَا مُسۡلِمُوۡنَ ﴿۱۱۱﴾

১১২। অদুগা (য়েংউ!) ঐনা খঙহনবিখি শিষ্যশিংগী মপুকনিংদা, অসি হায়দুনা ঃ "থাজৌ ঐবু অমসুং ঐগী পাও পুবা মীবু" ; (অদুদা) মখোইনা হায়খি ঃ "ঐখোই থাজরে অমসুং নহাকনা সাক্ষী ওইহবিয়ু মদুদি ঐখোই ওইজরে মুসলিমশিং।"

اِذۡ قَالَ الۡحَوَارِيُّوۡنَ يٰعِيۡسَى ابۡنَ مَرۡيَمَ هَلۡ يَسۡتَطِيۡعُ رَبُّكَ اَنۡ يُّنَزِّلَ عَلَيۡنَا مَآئِدَةً مِّنَ السَّمَآءِ ؕ قَالَ اتَّقُوا اللّٰهَ اِنۡ كُنۡتُمۡ مُّؤۡمِنِيۡنَ ﴿۱۱۲﴾

১১৩। চীলাশিংনা হায়খি ঃ "হে ঈসা! মরয়মগী মচানিপা, নহাক্কী মপুনা থাবিরকপা য়াগদ্রা ঐখোইগীদমক খানা লুকোই অমা কোরো নোংমদোলদগী"? মহাকনা পাওখুম্বিখি ঃ "অল্লাহবু কিয়ু, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা থাজবশিং।"

قَالُوۡا نُرِيۡدُ اَنۡ نَّاۡكُلَ مِنۡهَا وَتَطۡمَئِنَّ قُلُوۡبُنَا وَنَعۡلَمَ اَنۡ قَدۡ صَدَقۡتَنَا وَنَكُوۡنَ عَلَيۡهَا مِنَ الشّٰهِدِيۡنَ ﴿۱۱۳﴾

১১৪। মখোইনা হায়খি ঃ "ঐখোইনা পামজৈ চাগদৌবমখৈ চাবা মদুদগী অমসুং ঐখোইগী থম্মোইশিং অপেনবা ওইজবা, অমসুং ঐখোইনা খঙহৌজনবা মদুদি মহাশয়না ঙাঙবি অচুম্বা ঐখোইদা অমসুং ঐখোই ওইজগে সাক্ষীশিং মদুগী।"

قَالَ عِيۡسَى ابۡنُ مَرۡيَمَ اللّٰهُمَّ رَبَّنَاۤ اَنۡزِلۡ عَلَيۡنَا مَآئِدَةً مِّنَ السَّمَآءِ تَكُوۡنُ لَنَا عِيۡدًا لِّاَوَّلِنَا وَاٰخِرِنَا وَاٰيَةً مِّنۡكَ ۚ وَارۡزُقۡنَا وَاَنۡتَ خَيۡرُ الرّٰزِقِيۡنَ ﴿۱۱۴﴾

১১৫। হঙ্গৎচখি ঈসা, মরয়মগী মচানিপানা ঃ "হো অল্লাহ! ঐখোইগী মপুও! থাদবিরকও ঐখোইদা খানা লুকোই অমা নোংমদোলথক্তগী মদু ওইজনবা ঐখোইদা উৎসব অমা, ঐখোইগী অহানবা অমসুং অরোয়বা (মীরোন) গী অমসুং খুদম অমসু ওইনবা নহাক্কী মায়কৈদগী ; অমসুং পীবিয়ু চিঞ্জাক ঐখোইদা, করিনা হায়ববু নহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না চিঞ্জাক হুনবিহৈবনি।"

قَالَ اللّٰهُ اِنِّىۡ مُنَزِّلُهَا عَلَيۡكُمۡ ۚ فَمَنۡ يَّكۡفُرۡ بَعۡدُ مِنۡكُمۡ

১১৬। অল্লাহনা তাকপিখি ঃ "তশেংবমক ঐনা থাবিরক্কনি মদু নখোইদা ; তৌইগুম্বসুং নখোইগী মরক্তগী কনাগুম্বনা লমফৈ-খোউফম্নরবাদি

فَإِنِّىٓ أُعَذِّبُهُۥ عَذَابًا لَّآ أُعَذِّبُهُۥٓ أَحَدًا مِّنَ ٱلْعَٰلَمِينَ ﴿١١٥﴾

মতুংদা, ঐনা তশেংনমক চৈরাক থাবিগনি মহাকপু অসিগুম্বা চৈরাক মদুনা ঐনা দখি পীবিরোই অতৈ অতোপ্পবু মীশিংগী মরক্তা।

১৬ শুবা রুকূ

وَإِذْ قَالَ ٱللَّهُ يَٰعِيسَى ٱبْنَ مَرْيَمَ ءَأَنتَ قُلْتَ لِلنَّاسِ ٱتَّخِذُونِى وَأُمِّىَ إِلَٰهَيْنِ مِن دُونِ ٱللَّهِ ۖ قَالَ سُبْحَٰنَكَ مَا يَكُونُ لِىٓ أَنْ أَقُولَ مَا لَيْسَ لِى بِحَقٍّ ۚ إِن كُنتُ قُلْتُهُۥ فَقَدْ عَلِمْتَهُۥ ۚ تَعْلَمُ مَا فِى نَفْسِى وَلَآ أَعْلَمُ مَا فِى نَفْسِكَ ۚ إِنَّكَ أَنتَ عَلَّٰمُ ٱلْغُيُوبِ ﴿١١٦﴾

১১৭। অদুগা (য়েংউ!) অল্লাহনা হায়বিগনি "হে ঈসা মরয়মগী মচানিপা, নংনা হায়রমব্রা মীশিংদা: ঐ অমসুং ঐগী ইমাবু খোয়ম লাই অনিনি হায়না লৌ অল্লাহতবু নত্তনা?" মহাকনা পাওখুমগনি: "নহাক্তি অশেংবনি, ঐনা কদৌনুংদসু হায়জরমদে ঐনা হায়বগী হক লৈতবদু। ঐনা করিগুম্বা হায়রমলবদি মদু, নহাকনা শোয়দনমক খঙবিরমগনি মদু। নহাকনা খঙবি ঐগী পুকনিংদা লৈবদু, অমসুং ঐনা খঙজদে নহাক্কী পুকনিংদা করি লৈবা। তশেংবমক নহাক্তনি অখঙবা অরোন-অথুপ পুম্নমক।

مَا قُلْتُ لَهُمْ إِلَّا مَآ أَمَرْتَنِى بِهِۦٓ أَنِ ٱعْبُدُوا۟ ٱللَّهَ رَبِّى وَرَبَّكُمْ ۚ وَكُنتُ عَلَيْهِمْ شَهِيدًا مَّا دُمْتُ فِيهِمْ ۖ فَلَمَّا تَوَفَّيْتَنِى كُنتَ أَنتَ ٱلرَّقِيبَ عَلَيْهِمْ ۚ وَأَنتَ عَلَىٰ كُلِّ شَىْءٍ شَهِيدٌ ﴿١١٧﴾

১১৮। "ঐনা করিসু হায়জরমদে মখোইদা নত্তনা নহাকনা য়াথংনবিখিবদু ঐবু (মদুদি) 'ভক্তি তৌ অল্লাহগী, (মহাক্তি) ঐগী মপুনি অমসুং নখোইগীসু মপুনি।' অদুগা ঐ ওইরম্মী সাক্ষী অমা মখোইগী মথক্তা ঐনা লৈরিবমখৈ মখোইগী মরক্তা, তৌইগুম্বসুং নহাকনা ঐবু খম্নুং শরা তানহনবি খ্রবদা, নহাকনা ওইবিহৌই ঙাকপি-শেনবিবা মখোইগী মথক্তা; অমসুং নহাক্তি (অশুপ্পা) সাক্ষীনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

إِن تُعَذِّبْهُمْ فَإِنَّهُمْ عِبَادُكَ ۖ وَإِن تَغْفِرْ لَهُمْ فَإِنَّكَ أَنتَ ٱلْعَزِيزُ ٱلْحَكِيمُ ﴿١١٨﴾

১১৯। "নহাকনা চৈরাক থাবিরবদি মখোইবু, তশেংবমক মখোই নহাক্কী ননাইশিংনি; অমসুং নহাকনা ঙাকপিরবদি মখোইবু, নহাক্তি থাঙ্গৈশেংবমক পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।"

قَالَ ٱللَّهُ هَٰذَا يَوْمُ يَنفَعُ ٱلصَّٰدِقِينَ صِدْقُهُمْ ۚ لَهُمْ جَنَّٰتٌ تَجْرِى مِن تَحْتِهَا ٱلْأَنْهَٰرُ خَٰلِدِينَ

১২০। অল্লাহনা তাকপিগনি: "ঙসি নুমিৎ অসিদা অচুম্বা শকপান্নবশিংবু পীবিনি কান্নবা মখোইগী অচুম্বনা। মখোইগীদমক্তি স্বর্গ লৈকোনশিংনি: মখা অদুদা তুরেলশিং ঈচেল্লি, মদুগী মনুংদা মখোই

فِيهَآ أَبَدًا ۚ رَّضِىَ ٱللَّهُ عَنْهُمْ وَرَضُوا۟ عَنْهُ ۚ ذَٰلِكَ ٱلْفَوْزُ ٱلْعَظِيمُ ⑪⑨

লৈরগনি লোম্বা লৈতনা। অল্লাহনা পুমপেন-পেনবিরে মখোইবু অমসুং মখোইনসু পুমপেন-পেনহল্লে মহাকপু। মসি খ্বাইদগী হেন্না অচৌবা জয়নি।''

لِلَّهِ مُلْكُ ٱلسَّمَٰوَٰتِ وَٱلْأَرْضِ وَمَا فِيهِنَّ ۚ وَهُوَ عَلَىٰ كُلِّ شَىْءٍ قَدِيرٌۢ ⑫⓪

১২০। অল্লাহনা মপু ওইবিরি আসমান অমসুং পৃথিবীগী নিংথৌ লৈবাকসি অমসুং মখোইদা লৈরিবা-পুম্নগী; অমসুং মহাক্তি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

سُورَةُ الْأَنْعَامِ مَكِّيَّةٌ (٦)

অল-অন'আম সূরহ ৬

## (হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ১৬৬নি)

১ নবা রুকূ

بِسْمِ ٱللَّهِ ٱلرَّحْمَٰنِ ٱلرَّحِيمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

ٱلْحَمْدُ لِلَّهِ ٱلَّذِى خَلَقَ ٱلسَّمَٰوَٰتِ وَٱلْأَرْضَ وَجَعَلَ ٱلظُّلُمَٰتِ وَٱلنُّورَ ۖ ثُمَّ ٱلَّذِينَ كَفَرُوا۟ بِرَبِّهِمْ يَعْدِلُونَ ②

২। থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহবুনি, মহাকনা শেমখি আসমান অমসুং পৃথিবী অমসুং পুথোকখি অমম্বা অমসুং মঙাল; অদুম ওইনমক লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা লিংখৎলি মমান্নবশিং মখোইগী মপুদা।

هُوَ ٱلَّذِى خَلَقَكُم مِّن طِينٍ ثُمَّ قَضَىٰٓ أَجَلًا ۖ وَأَجَلٌ مُّسَمًّى عِندَهُۥ ۖ ثُمَّ أَنتُمْ تَمْتَرُونَ ③

৩। মহাকননি লৈশেম-নুংশেমখিবা (মী) নখোইবু লৈখোমদগী, অদুগী তুংদা মহাকনা লেপ্পিখি (নখোইগী শিবগী) মতম। অদুগা অতোপ্পা মতম অমসু (শিবদগী অমুক হিংগৎপগী) মহাকনা লেপ্পিখ্রে; অদুম ওইনমক নখোইনা চিংনবা শরুকনৈ।

وَهُوَ ٱللَّهُ فِى ٱلسَّمَٰوَٰتِ وَفِى ٱلْأَرْضِ ۖ يَعْلَمُ سِرَّكُمْ

৪। অদুগা মহাক অল্লাহনি (কোইরেল ফম্বাল তোংলিবা) আসমান অমসুং পৃথিবীদা। মহাকনা খঙই নখোইগী অরোনবা অমসুং

وَجَهْرَكُمْ وَيَعْلَمُ مَا تَكْسِبُوْنَ ③

অফোংবা. অমসুং মহাকনা খঙই নখোইনা কমায় তৌবসু।

وَمَا تَأْتِيهِمْ مِّنْ اٰيَةٍ مِّنْ اٰيٰتِ رَبِّهِمْ اِلَّا كَانُوْا عَنْهَا مُعْرِضِيْنَ ④

৫। অদুগা লাক্তবা লৈতে মখোইদা পাওজেন অমতা মখোইগী মপুগী পাওজেনশিংগী মরক্তগী, তৌইগুম্বসুং মখোইনা মমায় ওন্থোকই মদুদগী।

فَقَدْ كَذَّبُوْا بِالْحَقِّ لَمَّا جَآءَهُمْ فَسَوْفَ يَاْتِيْهِمْ اَنْبٰٓؤُا مَا كَانُوْا بِهٖ يَسْتَهْزِءُوْنَ ⑤

৬। তশেংবমক মখোইনা য়াখিদে অচুম্বদু মখোইদা লাকখিবা মতমদা; তৌইগুম্বসুং থুনা লাকলগনি মখোইদা পাওশিং মখোইনা করেম্নরুবা অদুগী।

اَلَمْ يَرَوْا كَمْ اَهْلَكْنَا مِنْ قَبْلِهِمْ مِّنْ قَرْنٍ مَّكَّنّٰهُمْ فِى الْاَرْضِ مَا لَمْ نُمَكِّنْ لَّكُمْ وَاَرْسَلْنَا السَّمَآءَ عَلَيْهِمْ مِّدْرَارًا وَّجَعَلْنَا الْاَنْهٰرَ تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهِمْ فَاَهْلَكْنٰهُمْ بِذُنُوْبِهِمْ وَاَنْشَاْنَا مِنْۢ بَعْدِهِمْ قَرْنًا اٰخَرِيْنَ ⑥

৭। উদব্রা মখোইনা মীরোন কয়া ঐখোইনা মাঙহনবিখ্রবা মখোইগী মমাংদা? ঐখোইনা য়ুমলেপহনখিবগুম্না মখোইবু মালেমথক্তা ঐখোইনা য়ুমলেপহনবিদরি নখোইবু (হৌজিক ফাওবা), অমসুং ঐখোইনা তাহনবিখি নোং-ঈশিং মরাংকায়না মখোইগী মথক্তা অমসুং ঐখোইনা চেলহনবিখি তুরেলশিং মখোইগী খুয়া খাদা; অদুগী তুংদা ঐখোইনা মাঙহনবিখি মখোইবু মখোইগী মপাপশিংগী দমক অমসুং পুথোকপিখি মখোইগী মতুংদা অতোপ্পা মীরোন (মখোইবু মহুৎ শীনহন্দুনা)।

وَلَوْ نَزَّلْنَا عَلَيْكَ كِتٰبًا فِيْ قِرْطَاسٍ فَلَمَسُوْهُ بِاَيْدِيْهِمْ لَقَالَ الَّذِيْنَ كَفَرُوْٓا اِنْ هٰذَآ اِلَّا سِحْرٌ مُّبِيْنٌ ⑦

৮। অদুগা ঐখোইনা থাবিরমলবদি নংঙোন্দা কিতাব অমা চেবাংদা (ইদুনা), মওং মতাদুদা মখোইনা (য়েংবগী) মখুৎশিংনা শোকলমগনি মদু, (অদুদা) লমথৈ-খোঙফম্নবশিংনা হায়রমগনিঃ "মসি করিসু নত্তে তশেংলবা জাদু-মন্ত্র নত্তনা।"

وَقَالُوْا لَوْلَآ اُنْزِلَ عَلَيْهِ مَلَكٌ ۗ وَلَوْ اَنْزَلْنَا مَلَكًا لَّقُضِيَ الْاَمْرُ ثُمَّ لَا يُنْظَرُوْنَ ⑧

৯। অদুগা মখোইনা হায়ঃ "করি মরমগী ফরিশতহ অমা থাবিরক্তবগে মঙোন্দা?" তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা করিগুম্বা থাবিরমলবদি ফরিশতহ অমা, মখোইগী ব্রা লেপখিরমগনি, মতমদুদা মখোইবু পীবিরমলোই ঙাইহক্তং পন্থবা।

وَلَوْ جَعَلْنٰهُ مَلَكًا لَّجَعَلْنٰهُ رَجُلًا وَّلَلَبَسْنَا عَلَيْهِمْ

১০। অদুগা ঐখোইনা করিগুম্বা শেমলমলবদি

مَّا يَلْبِسُوْنَ ⑩

(দুত ওইনা) ফরিশতহ অমা, ঐখোইনা শেমলমগনি মহাকপু (শক্তমদা) মী অমা (ওইনা)ঃ অমসুং (অসুম্না) ঐখোইনা মফম-মরাং খঙহল্লম্মোই মখোইবু (অচুম্বদু) মখোইনা মফম-মরাং খঙদবদা।

وَلَقَدِ اسْتُهْزِئَ بِرُسُلٍ مِّنْ قَبْلِكَ فَحَاقَ بِالَّذِيْنَ سَخِرُوْا مِنْهُمْ مَّا كَانُوْا بِهٖ يَسْتَهْزِءُوْنَ ⑪

১১। অদুগা তশেংবমক রসুলশিংবু নোক্কবিখি নংগী মমাংদা. তৌইগুম্বসুং মখোইনা নোক্কখিবা অদুনা লাঙ্গোয় চনবিখি মখোই নোক্ক জাওবশিংবু।

২ শুবা রুকূ

قُلْ سِيْرُوْا فِي الْاَرْضِ ثُمَّ انْظُرُوْا كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الْمُكَذِّبِيْنَ ⑫

১২। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ কোয়য়ু পৃথিবী, অমসুং য়েংউ করি পোল্লোই থোকখিবা (নবীশিংবু) তৌবিখিবশিংদু মীনম্বশিংনি হায়না।

قُلْ لِّمَنْ مَّا فِي السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۭ قُلْ لِّلّٰهِ ۭ كَتَبَ عَلٰي نَفْسِهِ الرَّحْمَةَ ۭ لَيَجْمَعَنَّكُمْ اِلٰى يَوْمِ الْقِيٰمَةِ لَا رَيْبَ فِيْهِ ۭ اَلَّذِيْنَ خَسِرُوْٓا اَنْفُسَهُمْ فَهُمْ لَا يُؤْمِنُوْنَ ⑬

১৩। (অমুকসু) হায়য়ুঃ "কনানা মপু ওইবগে আসমান অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা-পুম্বগী?" হায়য়ুঃ "অল্লাহগীনি।" অল্লাহনা লৌবিখ্রে মহাকমক্কী ওইনা ঙাকপিহৈবগী শাজৎ অমা। মহাকনা শোয়দনমক খোমজিনবিগনি নখোইবু কিয়ামত নুমিত্তা, মদুগী মরমদা করিসু চিংনিনিঙঙাই লৈতে। মথরাইশিংবু অমাঙবা খোঙফম্নহনখ্রবা মখোইদু অচুম্বা থাজররোই।

وَلَهٗ مَا سَكَنَ فِي الَّيْلِ وَالنَّهَارِ ۭ وَهُوَ السَّمِيْعُ الْعَلِيْمُ ⑭

১৪। অদুগা মহাক্তগীনি লৈরিবা-পুম্বা অহিং অমসুং নুংথিলদা; অমসুং মহাক্তি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

قُلْ اَغَيْرَ اللّٰهِ اَتَّخِذُ وَلِيًّا فَاطِرِ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ وَهُوَ يُطْعِمُ وَلَا يُطْعَمُ ۭ قُلْ اِنِّىْٓ اُمِرْتُ اَنْ اَكُوْنَ اَوَّلَ مَنْ اَسْلَمَ وَلَا تَكُوْنَنَّ مِنَ الْمُشْرِكِيْنَ ⑮

১৫। হায়য়ুঃ "ঐনা লৌসিরা ঙাকপিবা ওইনা অতৈ অতোপ্পা অমা অল্লাহগী মথক্তা (মহাক্তি) লৈশেম-নুংশেম্বনি আসমান অমসুং পৃথিবীগী, অমসুং মহাকনা পিজৈ (মনাইশিংবু) অমসুং মহাকপুদি (কনামতনা) পিজদে?" হায়য়ুঃ "ঐবু য়াথংনবিখ্রে ওইয়ু হায়না অহানবা রায়েল-য়াথং য়াবশিংগী।" অদুগা নং ওইগনু (অমা) মখোইদুগী—মখোইনা থংজল্লি শরুক য়ামিন্নবশিং (অল্লাহদা)।

১৬। অমুকসু হায়য়ুঃ "তশেংবমক ঐনা কিজে, ঐনা ইন্দ্রবদি ঐগী মপুগী হুকুম, রায়েল-চৈরাক (ফংগদ্রা হায়না) অকিবগী মশক ওইবা নুমিৎ অমদা।

قُلْ إِنِّيٓ أَخَافُ إِنْ عَصَيْتُ رَبِّي عَذَابَ يَوْمٍ عَظِيمٍ ﴿١٥﴾

১৭। (রায়েল-চৈরাক্তগী) নাথোকহনবিরবা মহাকদু নুমিৎ অদুদা, অল্লাহনা তশেংবমক ঙাকপিরবনি মহাকপু। মদু থাঙ্গৈমকশেংনা অচৌবা মায় পাকপনি।

مَنْ يُصْرَفْ عَنْهُ يَوْمَئِذٍ فَقَدْ رَحِمَهُ ۚ وَذَٰلِكَ الْفَوْزُ الْمُبِينُ ﴿١٦﴾

১৮। অদুগা অল্লাহনা নংহনবিরবদি নংবু অরাবা অমা, কনানসু ঙম্মরোই লৌথোকপিবা মদু মহাক নত্তনা। তৌইগুম্বসুং মহাকনা পীবিরবদি নংবু অফবা খরা (কনামতনা ঙম্মরোই থিংবা মদু), মরমদি মহাক্তি শক্তি লৈবনি তৌথোকপা মহাকনা তৌনীংবা পুম্নমক।

وَإِنْ يَمْسَسْكَ اللَّهُ بِضُرٍّ فَلَا كَاشِفَ لَهُ إِلَّا هُوَ ۖ وَإِنْ يَمْسَسْكَ بِخَيْرٍ فَهُوَ عَلَىٰ كُلِّ شَيْءٍ قَدِيرٌ ﴿١٧﴾

১৯। অদুগা মহাক্তি ইঙম-ঙম্বনি মহাক্কী মনাইশিংগী মথক্তা ; অমসুং মহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি, খবরন্নালানি।

وَهُوَ الْقَاهِرُ فَوْقَ عِبَادِهِ ۚ وَهُوَ الْحَكِيمُ الْخَبِيرُ ﴿١٨﴾

২০। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "করি পোৎনা খ্বাইদগী হেন্না চাওবগে সাক্ষী ওইবদা?" হায়য়ু ঃ "অল্লাহদি সাক্ষীনি ঐ অমসুং নখোইগী মরক্তা। অদুগা কুরআন অসি ফোংদোকপিরকখিবনি ঐঙোন্দা, অদুনা ঐনা চেকশিনহন্নবা নখোইবু অমসুং (অতৈ কাঙলুপশিং) মানা থুংলু-থুংলুবা অদুবু, নকশিল্লবা রায়েল-চৈরাক্কী। করি! নখোই সাক্ষী পীবা ঙমগদ্রা অল্লাহ নত্তনা লাই অতৈসু লৈ হায়বগী মরমদা?" হায়য়ু ঃ "ঐ ঙমলোই সাক্ষী পীবা (মদুদা)।" (অমুকসু) হায়য়ু ঃ "মহাক্তি চাঙু লাই অমতনি অমসুং ঐনা তশেংবমক থাদোকচৈ নখোইনা (মহাক্কী) মশরুক য়ামিন্নবশিংনি হায়জিনবদু।"

قُلْ أَيُّ شَيْءٍ أَكْبَرُ شَهَادَةً ۖ قُلِ اللَّهُ ۖ شَهِيدٌ بَيْنِي وَبَيْنَكُمْ ۚ وَأُوحِيَ إِلَيَّ هَٰذَا الْقُرْآنُ لِأُنْذِرَكُمْ بِهِ وَمَنْ بَلَغَ ۚ أَئِنَّكُمْ لَتَشْهَدُونَ أَنَّ مَعَ اللَّهِ آلِهَةً أُخْرَىٰ ۚ قُلْ لَا أَشْهَدُ ۚ قُلْ إِنَّمَا هُوَ إِلَٰهٌ وَاحِدٌ وَإِنَّنِي بَرِيءٌ مِمَّا تُشْرِكُونَ ﴿١٩﴾

২১। ঐখোইনা কিতাব পীখিবশিং মখোইনা মুন্না খঙই মহাকপু মখোইনা মশক খঙবগুম্না মখোইগী মচা নিপাশিংবু। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা মীওইশিং

الَّذِينَ آتَيْنَاهُمُ الْكِتَابَ يَعْرِفُونَهُ كَمَا يَعْرِفُونَ

أَبْنَاءَهُمُ ۘ الَّذِينَ خَسِرُوا أَنفُسَهُمْ فَهُمْ لَا يُؤْمِنُونَ ﴿٢٠﴾

মখোইনা অমাঙবা খোঙফম্নহনগুবা মখোইগী মথরাইশিংবু—মখোইনা অচুম্বা থাজররোই।

### ৩ শুবা রুকূ

وَمَنْ أَظْلَمُ مِمَّنِ افْتَرَىٰ عَلَى اللَّهِ كَذِبًا أَوْ كَذَّبَ بِآيَاتِهِ ۗ إِنَّهُ لَا يُفْلِحُ الظَّالِمُونَ ﴿٢١﴾

২২। অদুগা কনানো মঙোন্দগী হেন্না চুমদবা মহাকনা মীনম্বা শাজিন-শাজিন্দুনা হায় অল্লাহগী মথক্তা নত্তগা য়াদে মহাক্কী পাওজেনশিংবু? তশেংবমক অরানবা লম্বীনবশিং কদৌনুংদসু চাওখৎলোই।

وَيَوْمَ نَحْشُرُهُمْ جَمِيعًا ثُمَّ نَقُولُ لِلَّذِينَ أَشْرَكُوا أَيْنَ شُرَكَاؤُكُمُ الَّذِينَ كُنتُمْ تَزْعُمُونَ ﴿٢٢﴾

২৩। অদুগা (রাখল খল্লু) নুমিৎ অদুদা ঐখোইনা পুল্লপ্না খোমজিনবিগনি মখোইবু, মতমদুদা ঐখোইনা হায়বিগনি (অল্লাহদা) মশরুক য়ামিন্নবশিং থংজল্লম্বশিংদা ঃ "(হৌজিক) করম্বা মফমদা লৈখ্রবগে তিন্নবা খোয়ম লাইশিং, নখোইনা পুখোকলম্বদু ?"

ثُمَّ لَمْ تَكُن فِتْنَتُهُمْ إِلَّا أَن قَالُوا وَاللَّهِ رَبِّنَا مَا كُنَّا مُشْرِكِينَ ﴿٢٣﴾

২৪। অদুগী মতমদা মখোইগী নাথোক্লবা খুজিন করিসু ওইরোই (রা) অসি হায়বা নত্তনাঃ "অল্লাহগী কসম! ঐখোইগী মপুও! ঐখোই ওইজখিদে লাইয়াম ঈরাৎপশিং।"

انظُرْ كَيْفَ كَذَبُوا عَلَىٰ أَنفُسِهِمْ ۚ وَضَلَّ عَنْهُم مَّا كَانُوا يَفْتَرُونَ ﴿٢٤﴾

২৫। য়েংউ! মতৌ করম্না মখোইনা মীনম্বা হায়রিবা মশামক্কী মায়োক্তা অমসুং (করি মরমগী) মখোইনা ওইদবা শাগৎলম্বা অদু হাইলোকখিবা মখোইদগী!

وَمِنْهُم مَّن يَسْتَمِعُ إِلَيْكَ ۖ وَجَعَلْنَا عَلَىٰ قُلُوبِهِمْ أَكِنَّةً أَن يَفْقَهُوهُ وَفِي آذَانِهِمْ وَقْرًا ۚ وَإِن يَرَوْا كُلَّ آيَةٍ لَّا يُؤْمِنُوا بِهَا ۚ حَتَّىٰ إِذَا جَاءُوكَ يُجَادِلُونَكَ يَقُولُ الَّذِينَ كَفَرُوا إِنْ هَٰذَا إِلَّا أَسَاطِيرُ الْأَوَّلِينَ ﴿٢٥﴾

২৬। অদুগা মখোইগী মরক্তা খরনা তাই নংঙোন্দা, তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা খনজিনবিখ্রে পর্দা অমা মখোইগী মথম্মোইশিংদা অদুনা মখোইনা খঙদে অমসুং পঙশিনখ্রে মখোইগী মনাকোংশিং; অমসুং মখোইনা উরবসু খুদম খুদিংমক, মখোই থাজররোই মদুদা। ফিবমসি য়ৌরবা ফাওবদা মখোইনা লাকলগা নংঙোন্দা, চীন্দান্নবতা মথংই নংগা—অচুম্বা থাজদবশিংদুনা হায়ঃ "মসি করিসু নত্তে থাইনগী রারী রাতাইশিং নত্তনা।"

২৭। অদুগা মখোইনা থিংই মী (অতৈ) বু মদু (থাজবদ্) অমসুং মখোই (মশামকসু) মমায় ওন্থোকই মদুদগী। অদুগা মখোইনা মাঙহন্দে কনামতবু নত্তুনা মখোই মশামকপু; অমসুং মখোই করিসু খঙদে।

وَهُمْ يَنْهَوْنَ عَنْهُ وَيَنْـَٔوْنَ عَنْهُ ۖ وَإِن يُهْلِكُونَ إِلَّآ أَنفُسَهُمْ وَمَا يَشْعُرُونَ ﴿٢٧﴾

২৮। অদুগা নংনা করিগুম্বা উজরমলবদি মখোইবু লেপহনবা মতমদা মৈকোম মমাংদা, মখোইনা হায়গনিঃ আঃ ঐখোইবু অমুকহন্না থাবিরমলবদি (সংসারদা)! ঐখোইনা য়াদবা তৌরমলোই ঐখোইগী মপুগী পাওজেনশিংবু অমসুং ঐখোই ওইজরমগনি অচুম্বা থাজবশিং।

وَلَوْ تَرَىٰٓ إِذْ وُقِفُوا۟ عَلَى ٱلنَّارِ فَقَالُوا۟ يَٰلَيْتَنَا نُرَدُّ وَلَا نُكَذِّبَ بِـَٔايَٰتِ رَبِّنَا وَنَكُونَ مِنَ ٱلْمُؤْمِنِينَ ﴿٢٨﴾

২৯। নত্তে, মখোইনা হান্না লোৎশিল্লম্বদু তশেংনা (হৌজিক) উগনি মখোইদা অদুগা মখোইবু অমুকহন্না থাবিরমলবা ফাওবদা মখোই শোয়দনমক হনজনখিরমগনি মখোইবু তৌগনু হায়না থিংখিবা অদুদা; অমসুং মখোই তশেংবমক মীনম জাওবশিংনি।

بَلْ بَدَا لَهُم مَّا كَانُوا۟ يُخْفُونَ مِن قَبْلُ ۖ وَلَوْ رُدُّوا۟ لَعَادُوا۟ لِمَا نُهُوا۟ عَنْهُ وَإِنَّهُمْ لَكَٰذِبُونَ ﴿٢٩﴾

৩০। অদুগা মখোইনা হায়ঃ "লৈতে (অতোপ্পা পুন্সি অমা) নত্তুনা ঐখোইগী তাইবঙ পুন্সি অসি অমসুং ঐখোইবু অমুক হিংগৎহনবিররোই।"

وَقَالُوٓا۟ إِنْ هِىَ إِلَّا حَيَاتُنَا ٱلدُّنْيَا وَمَا نَحْنُ بِمَبْعُوثِينَ ﴿٣٠﴾

৩১। অদুগা নংনা করিগুম্বা উজরমলবদি মখোইবু লেপহনরা মতমদা মখোইগী মপুগী মমাংদা! মহাকনা হায়বিগনিঃ "(শিরবা মতুংগী পুন্সি) অসিবু চুমদব্রা?" মখোইনা পাওখুমগনিঃ "হোই (অচুম্বনি), ঐখোইগী মপুও!" (অদুদা) মহাকনা হায়বিগনিঃ "ফরে, (হৌজিক) নখোই তংঙু চৈরাক মহাউ, মরমদি নখোই অচুম্বা থাজরমদে।"

وَلَوْ تَرَىٰٓ إِذْ وُقِفُوا۟ عَلَىٰ رَبِّهِمْ ۚ قَالَ أَلَيْسَ هَٰذَا بِٱلْحَقِّ ۚ قَالُوا۟ بَلَىٰ وَرَبِّنَا ۚ قَالَ فَذُوقُوا۟ ٱلْعَذَابَ بِمَا كُنتُمْ تَكْفُرُونَ ﴿٣١﴾ ع

৪ শুবা রুকূ

৩২। তশেংবমক মাঙজরবনি মখোইদো— মখোইনা য়াদে উনগনি হায়বা অল্লাহগা, অসি ফাওবা মদুদি (রায়েল বিচারগী) পুংজাদু লাকলবা

قَدْ خَسِرَ ٱلَّذِينَ كَذَّبُوا۟ بِلِقَآءِ ٱللَّهِ ۖ حَتَّىٰٓ إِذَا جَآءَتْهُمُ

মতমদা মখোইদা ইখঙ-খঙহৌদনা, মখোইনা হায়গনি ঃ "আঃ ওথোকপনিদা! ঐখোইনা করিসু থৌশা-রাশারমদে মসিবু।" অদুগা মখোইনা পুগনি (মপাপশিংগী) নম্বোশিং মখোইগী মনঙ্গলশিংদা। থাঙ্গৈশেংবমক ফত্তবনি মখোইনা পুবা নম্বোদু।

ٱلسَّاعَةُ بَغْتَةً قَالُوا۟ يَٰحَسْرَتَنَا عَلَىٰ مَا فَرَّطْنَا فِيهَا وَهُمْ يَحْمِلُونَ أَوْزَارَهُمْ عَلَىٰ ظُهُورِهِمْ ۚ أَلَا سَآءَ مَا يَزِرُونَ ﴿٣١﴾

৩৩। অদুগা তাইবঙ পুন্সিসি করিমতা নত্তে লীলানি অমসুং হরাও-কুম্মৈনি। তৌইগুম্বসুং আখেরতকী যুম অদুনা ফবা হেল্লি ধর্ম্ম চেনবশিংগীদমক্তা নখোইবু খঙদ্রব্রা ?

وَمَا ٱلْحَيَوٰةُ ٱلدُّنْيَآ إِلَّا لَعِبٌ وَلَهْوٌ ۖ وَلَلدَّارُ ٱلْءَاخِرَةُ خَيْرٌ لِّلَّذِينَ يَتَّقُونَ ۗ أَفَلَا تَعْقِلُونَ ﴿٣٢﴾

৩৪। থাঙ্গৈশেংবমক ঐখোইনা খঙই মখোইনা হায়বদুনা ওইহল্লি অৱাবা নংবু, মরমদি মখোইনা মরাল শীদে নংবু মীনম্বা ভাওই হায়না, তৌইগুম্বসুং অরানবা লম্বীনবশিংনা য়াদে অল্লাহগী পাওজেন-শিংবু।

قَدْ نَعْلَمُ إِنَّهُۥ لَيَحْزُنُكَ ٱلَّذِى يَقُولُونَ ۖ فَإِنَّهُمْ لَا يُكَذِّبُونَكَ وَلَٰكِنَّ ٱلظَّٰلِمِينَ بِـَٔايَٰتِ ٱللَّهِ يَجْحَدُونَ ﴿٣٣﴾

৩৫। অদুগা নংগী নমাংদা লৈরম্বা রসুলশিংবু তশেংনমক য়াবিখিদে (মাগী মাগী উম্মতশিংনা), তৌইগুম্বসুং মখোই অখাংকনখি মখোইবু য়াবিখিদ্রবা অমসুং ওৎ-নৈবিগ্রবদা ঐখোইগী মতেং লাক্তরিবা ফাওবা মখোইদা। কনানসু ভমদে ওথোক-ওনশিন তৌবা অল্লাহগী ৱাহৈশিংবু। অদুগা তশেংবমক থুংবিখ্রে খবর (খরা) হান্নবা নংঙোন্দা (হৌখ্রবা) রসুলশিংগী।

وَلَقَدْ كُذِّبَتْ رُسُلٌ مِّن قَبْلِكَ فَصَبَرُوا۟ عَلَىٰ مَا كُذِّبُوا۟ وَأُوذُوا۟ حَتَّىٰٓ أَتَىٰهُمْ نَصْرُنَا ۚ وَلَا مُبَدِّلَ لِكَلِمَٰتِ ٱللَّهِ ۚ وَلَقَدْ جَآءَكَ مِن نَّبَإِى۟ ٱلْمُرْسَلِينَ ﴿٣٤﴾

৩৬। অদুগা মখোইগী পামদবনা অৱাবা ওইরবদি নংঙোন্দা, মওং মতাদুদা নংনা ঙমলবদি লৈখুন অমা থিরগা (চঙখ্রো) লৈনুংদা নত্তগা কৈরাক অমা থারগা (কাখ্রো) অতিয়াদা, অমসুং পুরকও খুদম অমা মখোইদা (নংনা ঙমজরবদি অদুম্না তৌবা)। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা করিগুম্বা নীংলমলবদি মহাকনা শোয়দনমক ঙমলমগনি মখোইবু পুম্নপ্না খোমজন্নগা লমজিং ফংহনবামেরম অসিনা নং ওইগনু (অমা) খঙবা ৱাৎপশিংগী মরক্তা।

وَإِن كَانَ كَبُرَ عَلَيْكَ إِعْرَاضُهُمْ فَإِنِ ٱسْتَطَعْتَ أَن تَبْتَغِىَ نَفَقًا فِى ٱلْأَرْضِ أَوْ سُلَّمًا فِى ٱلسَّمَآءِ فَتَأْتِيَهُم بِـَٔايَةٍ ۚ وَلَوْ شَآءَ ٱللَّهُ لَجَمَعَهُمْ عَلَى ٱلْهُدَىٰ ۚ فَلَا تَكُونَنَّ مِنَ ٱلْجَٰهِلِينَ ﴿٣٥﴾

৩৭। (মনাকোং থিংজিন্দুনা) তাবশিংতনা য়াই

إِنَّمَا يَسْتَجِيبُ ٱلَّذِينَ يَسْمَعُونَ ۘ وَٱلْمَوْتَىٰ يَبْعَثُهُمُ

اللّٰهُ ثُمَّ اِلَيۡهِ يُرۡجَعُوۡنَ ﴿٣٦﴾

(অচুম্বা পাওজেন)। অদুগা (মথম্মোইশিং) শিরববুদি, অল্লাহনা হিংগৎহনবিগনি মখোইবু, অদুগী তুংদা মহাক্কী মায়কৈদা মখোই (পুম্নমক) হনজনহনবিগনি।

وَ قَالُوۡا لَوۡ لَا نُزِّلَ عَلَيۡهِ اٰيَةٌ مِّنۡ رَّبِّهٖ ؕ قُلۡ اِنَّ اللّٰهَ قَادِرٌ عَلٰۤى اَنۡ يُّنَزِّلَ اٰيَةً وَّلٰـكِنَّ اَكۡثَرَهُمۡ لَا يَعۡلَمُوۡنَ ﴿٣٧﴾

৩৮। অদুগা মখোইনা হায় ঃ "করি মরমগী খুদম অমতা থাবিরকখিদবগে মঙোন্দা মহাক্কী মপুদগী?" হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহদি শক্তি লৈ খুদম অমা থাবিরকপগী, তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা খঙদে (মদু)।

وَمَا مِنۡ دَآبَّةٍ فِى الۡاَرۡضِ وَلَا طٰۤـئِرٍ يَّطِيۡرُ بِجَنَاحَيۡهِ اِلَّاۤ اُمَمٌ اَمۡثَالُكُمۡ ؕ مَا فَرَّطۡنَا فِى الۡكِتٰبِ مِنۡ شَىۡءٍ ثُمَّ اِلٰى رَبِّهِمۡ يُحۡشَرُوۡنَ ﴿٣٨﴾

৩৯। অদুগা লৈতে জীব অমতা মদুনা চৎপা মালেমথক্তা, নত্রগা মশা অনি পান্দুনা (মালংদা) পাইবা চেকলা উচেক অমতা, তৌইগুম্বসুং মখোই কাঙলুপশিংনি (মী) নখোইগুম্বা। ঐখোইনা চিৎথবিদে করিগুম্বা অমতা কিতাব (অসি) দা। অদুগী মতুংইন্না মখোইগী মপুগী মায়কৈদা মখোইবু পুল্লপ্লা খোমজনবিগনি।

وَالَّذِيۡنَ كَذَّبُوۡا بِاٰيٰتِنَا صُمٌّ وَّبُكۡمٌ فِى الظُّلُمٰتِ ؕ مَنۡ يَّشَاِ اللّٰهُ يُضۡلِلۡهُ ؕ وَمَنۡ يَّشَاۡ يَجۡعَلۡهُ عَلٰى صِرَاطٍ مُّسۡتَقِيۡمٍ ﴿٣٩﴾

৪০। অদুগা ঐখোইগী পাওজেনশিংবু য়াদব-শিংদো মনা পঙলে অমসুং মরোন থোক্তুরে, লৈরে পুম্মম-মম্বদা। অল্লাহনা অপাম্বা (লম্মুক্ল) শিংবুতা মহাকনা থাদোকপি লম্বী শেরাম্ননা অমসুং মহাকনা অপাম্বা (মতিকচাব) শিংবুতা মহাকনা খোঙফম্ন-হল্লি অচুম্বা লম্বীদা।

قُلۡ اَرَءَيۡتَكُمۡ اِنۡ اَتٰٮكُمۡ عَذَابُ اللّٰهِ اَوۡ اَتَتۡكُمُ السَّاعَةُ اَغَيۡرَ اللّٰهِ تَدۡعُوۡنَ ۚ اِنۡ كُنۡتُمۡ صٰدِقِيۡنَ ﴿٤٠﴾

৪১। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "করি খল্লি নখোই অল্লাহগী রায়েল-চৈরাক খোমজল্লকলবদা নত্রগা পুংজাদু লাকলবদা নখোইদা, নখোইনা (মওং মতাদুদা) কৌগদ্রা অল্লাহ নত্তবা অতৈ অতোপ্পবু, নখোইনা মওইরবদি অচুম্বা ওাঙবা?

بَلۡ اِيَّاهُ تَدۡعُوۡنَ فَيَكۡشِفُ مَا تَدۡعُوۡنَ اِلَيۡهِ اِنۡ شَآءَ وَتَنۡسَوۡنَ مَا تُشۡرِكُوۡنَ ﴿٤١﴾

৪২। নত্তে, (অল্লাহ) মহাক্তবু কৌগনি নখোইনা; মরম অদুনা মহাকনা লৌথোকপিগনি অদুগুম্বা পোত্তা নখোইনা কৌজবগী মহাকপু (লৌথোক-পিয়ু হায়না), মহাকনা চানবিরবদি, অমসুং নখোইনা কাওথোক্কনি নখোইনা (চুমদনা) থৈজিনবদু (মঙোন্দা)।

৫ শুবা রুকূ

৪৩। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখি (রসুলশিং) জাতি (তোঙান-তোঙানবা) শিংদা নংগী মমাংদা; অদুগী তুংদা ঐখোইনা লাংথুন-হনবিখি মখোইবু অৱা-অনং অমসুং লাইবক-থীবদা অদুনা মখোইনা তোংথহনজনবা মখোই মথন্তবু (অল্লাহগী মমাংদা)।

وَلَقَدْ أَرْسَلْنَآ إِلَىٰٓ أُمَمٍ مِّن قَبْلِكَ فَأَخَذْنَٰهُم بِٱلْبَأْسَآءِ وَٱلضَّرَّآءِ لَعَلَّهُمْ يَتَضَرَّعُونَ ﴿٤٢﴾

৪৪। অদুম ওইরবদি, করি মরমগী, ঐখোইগী রায়েল-চৈরাক লাকখ্রবদা মখোইদা, মখোইনা তোংথহনখিদবগে মখোইমকপু? তৌইগুম্বসুং মখোইগী মথম্মোইশিং হেন্নদুম কনশিনখ্রে অমসুং শৈতান্না উহনবিখ্রে মখোইনা তৌবা পুম্নমক ইফ-ফজবগুম্না মখোইদা।

فَلَوْلَآ إِذْ جَآءَهُم بَأْسُنَا تَضَرَّعُوا۟ وَلَٰكِن قَسَتْ قُلُوبُهُمْ وَزَيَّنَ لَهُمُ ٱلشَّيْطَٰنُ مَا كَانُوا۟ يَعْمَلُونَ ﴿٤٣﴾

৪৫। মরম অদুনা মখোইনা কাওথোকখ্রবদা মখোইদা পাওতাকখিবদু, ঐখোইনা হাংদোক-পিখি মখোইদা থোংশিং পোৎ পুম্নমক্কী, অসি য়ৌবফাওবা, মখোইনা (থোইনমক) হরাওরি-ঙৈদা মখোইদা পীখিবা অদুদা, ঐখোইনা ফাজিনবিখি মখোইবু ইখঙ-খঙহৌদনা, অমসুং (য়েংউ!) মখোই (নুংঙাইবগী) আশা পুম্মাঙ-মাঙখ্রে।

فَلَمَّا نَسُوا۟ مَا ذُكِّرُوا۟ بِهِۦ فَتَحْنَا عَلَيْهِمْ أَبْوَٰبَ كُلِّ شَىْءٍ حَتَّىٰٓ إِذَا فَرِحُوا۟ بِمَآ أُوتُوٓا۟ أَخَذْنَٰهُم بَغْتَةً فَإِذَا هُم مُّبْلِسُونَ ﴿٤٤﴾

৪৬। মরমদুনা ফত্তরম লম্বীনবা মীশিংগী অরোয়বা লেমহৌখাকশিং মরা ফংনা ককথৎপিখি; অমসুং থাগৎচরিবা পুম্নমক অল্লাহবুনি, (মহাক্তি) সংসার পুম্নমকবু ঙাকপি-শেনবিরিবা মপুনি।

فَقُطِعَ دَابِرُ ٱلْقَوْمِ ٱلَّذِينَ ظَلَمُوا۟ ۚ وَٱلْحَمْدُ لِلَّهِ رَبِّ ٱلْعَٰلَمِينَ ﴿٤٥﴾

৪৭। হায়য়ু: "নখোই করি খল্লি? অল্লাহনা লৌথোকপিখ্রবদি নখোইগী নাকোং অমসুং মিৎ, অমসুং চেৎনা ফাজনবিখ্রবদি নখোইগী থম্মোইশিং, অল্লাহ নত্তবা খোয়ম লাই কনানা অমুক ফংহনবা ঙমগনি পুম্নমকসি নখোইদা?" য়েংউ কদায় ফাওবা ঐখোইনা শুগায়না তাকপা

قُلْ أَرَءَيْتُمْ إِنْ أَخَذَ ٱللَّهُ سَمْعَكُمْ وَأَبْصَٰرَكُمْ وَخَتَمَ عَلَىٰ قُلُوبِكُم مَّنْ إِلَٰهٌ غَيْرُ ٱللَّهِ يَأْتِيكُم بِهِ ۗ ٱنظُرْ

كَيْفَ نُصَرِّفُ الْاٰيٰتِ ثُمَّ هُمْ يَصْدِفُوْنَ

খুদমশিং, অসি ফাওবা মখোইনা মমায় ওথোকই।

قُلْ اَرَءَيْتَكُمْ اِنْ اَتٰىكُمْ عَذَابُ اللّٰهِ بَغْتَةً اَوْ جَهْرَةً هَلْ يُهْلَكُ اِلَّا الْقَوْمُ الظّٰلِمُوْنَ

৪৮। (অমুকসু) হায়য়ু ঃ "নখোই করি খল্লি? অল্লাহগী ৱায়েল-চৈরাক লাকলবদি নখোইদা ইখঙ-খঙহৌদনা নত্তগা ইফোং-ফোংনা, কনা মাঙ-তাক্কনি অরানবা লম্বীনবা মীশিং নত্তনা?"

وَمَا نُرْسِلُ الْمُرْسَلِيْنَ اِلَّا مُبَشِّرِيْنَ وَمُنْذِرِيْنَ فَمَنْ اٰمَنَ وَاَصْلَحَ فَلَا خَوْفٌ عَلَيْهِمْ وَلَا هُمْ يَحْزَنُوْنَ

৪৯। অদুগা ঐখোইনা থাখিদে রসুলশিংবু (ধর্ম্ম-পিতা অমসুং) হরাওবা পাওতাকপশিং ওইনা (থাবা) নত্তনা অমসুং চেকশিন-ৱা-হায়বশিং ওইনা মরম অদুনা অচুম্বা থাজবা অমসুং মরমচৎ চুমথোকপশিং—মখোই করিসু কিনঙাই লৈতে নত্তগা ৱানঙাইসু থোক্তে।

وَالَّذِيْنَ كَذَّبُوْا بِاٰيٰتِنَا يَمَسُّهُمُ الْعَذَابُ بِمَا كَانُوْا يَفْسُقُوْنَ

৫০। অদুগা ঐখোইগী পাওজেনশিংবু য়াদব-শিংদো, ৱায়েল-চৈরাকনা লাঙ্গোয় চনবিগনি মখোইবু, মরমদি মখোই লমকেৎ-লমহাইখি।

قُلْ لَّا اَقُوْلُ لَكُمْ عِنْدِيْ خَزَآئِنُ اللّٰهِ وَلَآ اَعْلَمُ الْغَيْبَ وَلَآ اَقُوْلُ لَكُمْ اِنِّيْ مَلَكٌ اِنْ اَتَّبِعُ اِلَّا مَا يُوْحٰٓى اِلَيَّ قُلْ هَلْ يَسْتَوِى الْاَعْمٰى وَالْبَصِيْرُ اَفَلَا تَتَفَكَّرُوْنَ

৫১। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "ঐনা হায়দে নখোইদা, ঐনা দখল তৌরে অল্লাহগী লনকৈ পুম্ফমক; নত্তগা ঐনা খঙই উদবগী ৱা; নত্তগা ঐ ফরিশতহনি। ঐনা ইনজে ঐঙোন্দা ফোংদোক-পিবকপা অদুতা।" (অমুকসু) হায়য়ু ঃ "মমিৎ তাংবগা অমসুং মমিৎ উবগা মান্নব্রা?" করিগী নখোই ৱাখল তৌদবগে?

৬ শুবা রুকূ

وَاَنْذِرْ بِهِ الَّذِيْنَ يَخَافُوْنَ اَنْ يُّحْشَرُوْٓا اِلٰى رَبِّهِمْ لَيْسَ لَهُمْ مِّنْ دُوْنِهٖ وَلِيٌّ وَّلَا شَفِيْعٌ لَّعَلَّهُمْ يَتَّقُوْنَ

৫২। অদুগা (কুরআন) অদুনা চেকশিনহল্লু অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা কিজবা মদুদি মখোইবু খোমজনবিগনি মখোইগী মপুদা অদুদা মখোইগী ঙাকপিনবা নত্তগা ৱা তাইশিনবিনবা কনাসু লৈরোই মহাক নত্তনা, অদুনা মখোই ওইরক্কবা ধর্ম্ম চেনবা।

وَلَا تَطْرُدِ الَّذِيْنَ يَدْعُوْنَ رَبَّهُمْ بِالْغَدٰوةِ وَالْعَشِيِّ يُرِيْدُوْنَ وَجْهَهٗ مَا عَلَيْكَ مِنْ حِسَابِهِمْ مِّنْ شَيْءٍ

৫৩। অদুগা তাথোকপিগনু মখোইদো, মখোইনা কৌজে মখোইগী মপুবু অয়ুক অমসুং সন্ধ্যাদা, মহাক্কী চানবিবা ফংনবা। নংনা পীরোই হিসাব মখোইগীদমক নত্তগা মখোইনসু নহাকথংগী

وَمَا مِنْ حِسَابِكَ عَلَيْهِم مِّن شَيْءٍ فَتَطْرُدَهُمْ فَتَكُونَ مِنَ الظَّالِمِينَ ﴿٥٣﴾

হিসাব পীরোই। মরমদুনা নংনা তাথোকপিরবদি মখোইবু নংসু ওইখিনি (অমা) অরানবা লম্বীনবশিংগী।

وَكَذَٰلِكَ فَتَنَّا بَعْضَهُم بِبَعْضٍ لِّيَقُولُوا أَهَٰؤُلَاءِ مَنَّ اللَّهُ عَلَيْهِم مِّن بَيْنِنَا ۗ أَلَيْسَ اللَّهُ بِأَعْلَمَ بِالشَّاكِرِينَ ﴿٥٤﴾

৫৪। অদুগা অসুম্না ঐখোইনা চাং য়েংবিখি মখোই খরবু অতোপ্পগী মতেংনা, অদুনা মখোইনা হায়খি ঃ "মখোই অসিবুরা অল্লাহনা চানবিখ্রে হায়রিবদু ঐখোইগী ইরক্তগী?"

অল্লাহনা থ্রাইদগী হেন্না খঙবা নত্তব্রা তৌবিমল খঙবা (মনাই) শিংবু?

وَإِذَا جَاءَكَ الَّذِينَ يُؤْمِنُونَ بِآيَاتِنَا فَقُلْ سَلَامٌ عَلَيْكُمْ ۖ كَتَبَ رَبُّكُمْ عَلَىٰ نَفْسِهِ الرَّحْمَةَ ۖ أَنَّهُ مَنْ عَمِلَ مِنكُمْ سُوءًا بِجَهَالَةٍ ثُمَّ تَابَ مِن بَعْدِهِ وَأَصْلَحَ فَأَنَّهُ غَفُورٌ رَّحِيمٌ ﴿٥٥﴾

৫৫। অদুগা মখোইনা (তশেংনা) থাজদুনা ঐখোইগী পাওজেনশিংদা চঙজরকপদা নংঙোন্দা (নং) হায়য়ু ঃ "অঙ্গংবা লৈহনবিসনু নখোইগী নথক্তা। নখোইগী মপুনা লৌবিখ্রে মহাকমক্তী ওইনা ঙাকপিহৈবগী শাজৎ অমা, অদুনা কনাগুম্বনা অপঙবা ঙাইওইনদুনা ফত্তরম লম্বীন-রুরবা নতুংদা মপাপ হায়দোকচরবা অমসুং মরমচৎ চুমথোকচরবদি, মতাং অদুদা মহাক্তি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।"

وَكَذَٰلِكَ نُفَصِّلُ الْآيَاتِ وَلِتَسْتَبِينَ سَبِيلُ الْمُجْرِمِينَ ﴿٥٦﴾ ع

৫৬। অদুগা অসুম্না ঐখোইনা শুগায়না তাকপি পাওজেনশিং (নখোইনা থিজনবা কোকপিবা), অদুনা মরাল লৈরবশিংগী লম্বী তশেং-তশেংনা উজনবা (মখোইগী মমিৎশিংনা)।

৭ শুবা রুকূ

قُلْ إِنِّي نُهِيتُ أَنْ أَعْبُدَ الَّذِينَ تَدْعُونَ مِن دُونِ اللَّهِ ۚ قُل لَّا أَتَّبِعُ أَهْوَاءَكُمْ ۙ قَدْ ضَلَلْتُ إِذًا وَمَا أَنَا مِنَ الْمُهْتَدِينَ ﴿٥٧﴾

৫৭। হায়য়ু (মূর্তি ঈরাৎপশিংদা) ঃ "ঐবু থিংলি ঈরাৎকনু হায়না অল্লাহ নত্তবা অতৈ অতোপ্পা নখোইনা থৌগনজরিবদু।" হায়য়ু ঃ "ঐনা ইন্দে নখোইগী ফত্তবা অপাম্বশিংদু; মরমদি ঐনা করিগুম্বা ইল্লবদি মদু, ঐ তশেংনমক ওইথ্রগনি লম্মুক্লবা অমসুং ঐ চল্লরোই মরক্তা লমজিং ফংবশিংগী।"

قُلْ إِنِّي عَلَىٰ بَيِّنَةٍ مِّن رَّبِّي وَكَذَّبْتُم بِهِ ۚ مَا عِندِي

৫৮। হায়য়ু ঃ "ঐনা ফংজে তশেং-তশেংবা দলিল ঐগী মপুদগী তৌইগুম্বসুং নখোইনা য়াদে মদু। নখোইনা থুনা লাকহল্লীংলিবা (রায়েল-

مَا تَسْتَعْجِلُوْنَ بِهٖ ۭ اِنِ الْحُكْمُ اِلَّا لِلّٰهِ ۭ يَقُصُّ الْحَقَّ وَهُوَ خَيْرُ الْفٰصِلِيْنَ ۵۷

চৈরাক) অদু ঐগী শক্তি লৈতে। হুকুম তৌবিগদবদি অল্লাহতনি। মহাকনা তাকথোকপি অচুম্বা, অমসুং মহাক্তি' খ্বাইদগী হেন্না ফবা রায়েল লাকপনি।''

قُلْ لَّوْ اَنَّ عِنْدِيْ مَا تَسْتَعْجِلُوْنَ بِهٖ لَقُضِيَ الْاَمْرُ بَيْنِيْ وَبَيْنَكُمْ ۭ وَاللّٰهُ اَعْلَمُ بِالظّٰلِمِيْنَ ۵۸

৫৯। হায়য়ু ঃ ''নখোইনা ঐবু থুনা তৌহন্নীংলিবদু ঐনা তৌবা ঙম্বগী শক্তি লৈরমলবদি, রাফম অদু শোয়দনমক রারেপ তাবিরমগনি (হান্নানা) ঐ অমসুং নখোইগী মরক্তা। অদুগা অল্লাহনা মুন্না খঙই ফত্তরম লম্বীনবশিংবু।

وَعِنْدَهٗ مَفَاتِحُ الْغَيْبِ لَا يَعْلَمُهَآ اِلَّا هُوَ ۭ وَيَعْلَمُ مَا فِي الْبَرِّ وَالْبَحْرِ ۭ وَمَا تَسْقُطُ مِنْ وَّرَقَةٍ اِلَّا يَعْلَمُهَا وَلَا حَبَّةٍ فِيْ ظُلُمٰتِ الْاَرْضِ وَلَا رَطْبٍ وَّلَا يَابِسٍ اِلَّا فِيْ كِتٰبٍ مُّبِيْنٍ ۵۹

৬০। অদুগা উদবা (পুক্কেশিং) গী শোজেশিং মহাকনা পম্নরি—কনামতনা খঙদে মখোইদু মহাক নত্তনা। মহাকনা খঙই কংফান অমসুং সমুদ্রদা লৈবা খিবিক। অদুগা পামেলউনা অমতা কেন্দে মহাকনা খঙহৌদনা নত্তগা মহৈ-মরোং মরু অমতা (লোত্তুনা) লৈতে অমম্বা (লৈরোনুং) দা পৃথিবীগী নত্তগা অশং-অমান নত্তগা অকং-অরাক অমতা লৈতে, তৌইগুম্বসুং ইশিন্দুনা থমলি তশেংতশেংবা কিতাব অমদা (অল্লাহগী রায়েলয়াথংগী)।

وَهُوَ الَّذِيْ يَتَوَفّٰىكُمْ بِالَّيْلِ وَيَعْلَمُ مَا جَرَحْتُمْ بِالنَّهَارِ ثُمَّ يَبْعَثُكُمْ فِيْهِ لِيُقْضٰٓى اَجَلٌ مُّسَمًّى ۚ ثُمَّ اِلَيْهِ مَرْجِعُكُمْ ثُمَّ يُنَبِّئُكُمْ بِمَا كُنْتُمْ تَعْمَلُوْنَ ۶۰

৬১। অদুগা মহাকননি লৌরিবা (মী) নখোইগী থৱাই অহিংদা (তুমলিঙৈদা), অমসুং মহাকনা খঙই নখোইনা তৌবসু নুংথিলদা; অদুগী তুংদা মহাকনা অমুকসু হৌগৎহল্লি নখোইবু মদুগী মনুংদা অদুনা, মতম লেপখিবদু মপুং ফাহন্নবা। অদুগী তুংদা মহাক্কী মায়কৈদা হনজনগনি নখোই। মতমদুদা মহাকনা খঙহনবিগনি নখোইবু নশিঙ্গাং ওইনা নখোইনা তৌরম্বদু।

### ৮ শুবা রুকূ

وَهُوَ الْقَاهِرُ فَوْقَ عِبَادِهٖ وَيُرْسِلُ عَلَيْكُمْ حَفَظَةً

৬২। অদুগা মহাক্তি ইঙম-ঙম্বনি মনাইশিংগী মথক্তা অমসুং মহাকনা থাবি অঙাকপা (ফরিশতহ) শিং (ঙাক-শেন্নবগী) নখোইবু, অসি

(য়ৌবফাওবা, নখোই কনাগুম্বদা অশিবনা লাকপা মতমদা, ঐখোইগী দুতশিংনা লৌই মহাক্কী য়াইবি থরাই, অমসুং মখোই (কদৌনুংদসু) শোয়দে।

حَتّٰىٓ اِذَا جَآءَ اَحَدَكُمُ الْمَوْتُ تَوَفَّتْهُ رُسُلُنَا وَهُمْ لَا يُفَرِّطُوْنَ ﴿٦١﴾

৬৩। অদুগী তুংদা মখোই হনজনগনি অল্লাহদা—মখোইগী অচুম্বা মপুদা। থাঙ্গৈশেং-বমক মহাক্কীনি রায়েল বিচারদি। অদুগা মহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না অথুবনি হিসাব লৌবশিংগী মরক্তা।

ثُمَّ رُدُّوْٓا اِلَى اللّٰهِ مَوْلٰىهُمُ الْحَقِّ ۭ اَلَا لَهُ الْحُكْمُ ۣ وَهُوَ اَسْرَعُ الْحٰسِبِيْنَ ﴿٦٢﴾

৬৪। হায়য়ু ঃ "কনানা কনবিবগে নখোইবু কংফানগী অমসুং সমুদ্রগী খুদোংথীবশিংদগী, নখোইনা কৌজবদা মহাকপু লুক্না নোন্না অমসুং তুমিন-তুমিন্না (অসি হায়দুনা) ঃ মহাকনা কনবিরবদি ঐখোইবু (তুজুং মিপাইনরিবা) অসিদগী, ঐখোই শোয়দনমক ওইজগনি তৌবিমল খঙবশিং।"

قُلْ مَنْ يُّنَجِّيْكُمْ مِّنْ ظُلُمٰتِ الْبَرِّ وَالْبَحْرِ تَدْعُوْنَهٗ تَضَرُّعًا وَّخُفْيَةً ۚ لَىِٕنْ اَنْجٰىنَا مِنْ هٰذِهٖ لَنَكُوْنَنَّ مِنَ الشّٰكِرِيْنَ ﴿٦٣﴾

৬৫। হায়য়ু ঃ "অল্লাহনা কনবি নখোইবু (অরাবশিং) অসিদগী অমসুং খুদোংথীবা খুদিং-মক্তগী, অদুম ওইনমক নখোইনা থৈজিল্লি মশরুক য়ামিন্নবশিং (মঙোন্দা)।"

قُلِ اللّٰهُ يُنَجِّيْكُمْ مِّنْهَا وَمِنْ كُلِّ كَرْبٍ ثُمَّ اَنْتُمْ تُشْرِكُوْنَ ﴿٦٤﴾

৬৬। হায়য়ু ঃ "মহাক্কী শক্তি লৈ চৈরাক থাবগী নখোইগী মথক্তা নখোইগী কোকথক্তগী নত্রগা নখোইগী খুয়া খাদগী নত্রগা নখোইবু চরাং-খোইরাংনহনবসু য়াই নখোইবু তোঙান-তোঙানবা কাঙলুপশিং (থোকহনবিদুনা) অমসুং নখোই খরবু অতোপ্পগী অকনবা পাঙ্গলগী চাং মহাউ তংহনবিদুনা।" য়েংউ! মতৌ করম্না ঐখোইনা শুগায়না তাকপা (ঐখোইগী) পাওজেলশিং অদুনা মখোইনা মুন্না ভাব তানবা।

قُلْ هُوَ الْقَادِرُ عَلٰٓى اَنْ يَّبْعَثَ عَلَيْكُمْ عَذَابًا مِّنْ فَوْقِكُمْ اَوْ مِنْ تَحْتِ اَرْجُلِكُمْ اَوْ يَلْبِسَكُمْ شِيَعًا وَّيُذِيْقَ بَعْضَكُمْ بَاْسَ بَعْضٍ ۭ اُنْظُرْ كَيْفَ نُصَرِّفُ الْاٰيٰتِ لَعَلَّهُمْ يَفْقَهُوْنَ ﴿٦٥﴾

৬৭। অদুগা নংগী মীশিংনা য়াদে মসিবু, মসি (থাঙ্গৈশেংবা) অচুম্বা ওইরবসু। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "ঐবু হাপখিদে য়েংশন-খোৎচন্নবগী নখোইবু।"

وَكَذَّبَ بِهٖ قَوْمُكَ وَهُوَ الْحَقُّ ۭ قُلْ لَّسْتُ عَلَيْكُمْ بِوَكِيْلٍ ﴿٦٦﴾

৬৮। থোরক্কনি হায়বা রা খুদিং থোরক্নবগী অকক্নবা মতম লৈ, অমসুং নখোই থুনা খঙলক্কনি (মদু)।

لِكُلِّ نَبَاٍ مُّسْتَقَرٌّ ۡ وَّسَوْفَ تَعْلَمُوْنَ ﴿٦٧﴾

৬৯। অদুগা নংনা উরগা মীশিংনা থীনা য়াক্লা ওাক্ষন-শানবা ঐখোইগী পাওজেনশিংবু, মতমদুদা নং হন্দোক্নুনা লৈয়ু মখোইদগী (মদু তোক-থোক্নুনা) মখোইনা হৌদরিবা ফাওবা অতোপ্পা ৱারী-ৱাতাই অমা। তৌইগুম্বসুং করিগুম্বদা শৈতান্না কাওহনবিগ্রবদি নংবু (মসি), ফম্মিন্নগনু, (মদু) নীংশিঙলকপা মতুংদা, অরানবা লম্বীনব-শিংগা।

وَإِذَا رَأَيْتَ الَّذِينَ يَخُوضُونَ فِي آيَاتِنَا فَأَعْرِضْ عَنْهُمْ حَتَّىٰ يَخُوضُوا فِي حَدِيثٍ غَيْرِهِ ۚ وَإِمَّا يُنسِيَنَّكَ الشَّيْطَانُ فَلَا تَقْعُدْ بَعْدَ الذِّكْرَىٰ مَعَ الْقَوْمِ الظَّالِمِينَ ﴿٦٨﴾

৭০। অদুগা ধর্ম্ম চেনবা মীওইশিংনা করিসু হিসাব পীফম থোক্কে মখোইগীদমক, তৌইগুম্বসুং (মখোইগী মথৌদি) পাওতাক পীবা মখোইবু, অদুনা মখোইনা কিজনবা (অল্লাহবু)।

وَمَا عَلَى الَّذِينَ يَتَّقُونَ مِنْ حِسَابِهِم مِّن شَيْءٍ وَلَٰكِن ذِكْرَىٰ لَعَلَّهُمْ يَتَّقُونَ ﴿٦٩﴾

৭১। অদুগা থাদোকও অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা লৌই মখোইগী ধর্ম্মবু লীলা অমসুং কুম্মৈ-পিওংগুম্না, অমসুং মখোইবু নমথাক তৌবিগ্রে তাইবঙ পুন্সিনা; অমসুং পাওতাক পীয়ু (মীশিংদা, কুরআন) অসিনা অদুনা থৱাই কনামতা অমাঙবা শরুক্নদনবা মানা তৌবা থবক্কী মতুংইন্না। মাগী সৈরোই কনামতা তেংবাংবিনবা নম্ভগা ৱা তাইশিনবিনবা অল্লাহ নত্তনা; অমসুং মানা পীজরবা ফাওবদা থাদোকমল খুদিং মদু য়াবিরোই মঙোন্দগী। মখোইসি পুম্মাঙ-মাঙজর-বশিংনি মখোইনা তৌজরকপা থবকশিংগী মতুংইন্না। মখোইবু পিথক্কনি ক্রং-ক্রং শৌবা ঈশিং অমসুং থাবিগনি অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাক, মরমদি মখোই লমথৈ-খোঙফম্নখি।

وَذَرِ الَّذِينَ اتَّخَذُوا دِينَهُمْ لَعِبًا وَلَهْوًا وَغَرَّتْهُمُ الْحَيَاةُ الدُّنْيَا ۚ وَذَكِّرْ بِهِ أَن تُبْسَلَ نَفْسٌ بِمَا كَسَبَتْ لَيْسَ لَهَا مِن دُونِ اللَّهِ وَلِيٌّ وَلَا شَفِيعٌ وَإِن تَعْدِلْ كُلَّ عَدْلٍ لَّا يُؤْخَذْ مِنْهَا ۗ أُولَٰئِكَ الَّذِينَ أُبْسِلُوا بِمَا كَسَبُوا ۖ لَهُمْ شَرَابٌ مِّنْ حَمِيمٍ وَعَذَابٌ أَلِيمٌ بِمَا كَانُوا يَكْفُرُونَ ﴿٧٠﴾

৯ শুবা রুকূ

৭২। হায়য়ু (মখোইদা): ঐখোইনা কৌশিরা অল্লাহ নত্তবা অতোপ্পবু মদুনা ঙমদে কান্নবা পীবা ঐখোইবু নম্ভগা অমাঙবা ফংহনবা ঐখোইবু, অমসুং ঐখোই তুং খংহন-হন্দোকলসিরা অল্লাহনা লমজিংবিগ্রবা মতুংদা ঐখোইবু, মী অমগুম্না মহাকপু শৈতানশিংনা বুদ্ধি মাঙহন-

قُلْ أَنَدْعُو مِن دُونِ اللَّهِ مَا لَا يَنفَعُنَا وَلَا يَضُرُّنَا وَنُرَدُّ عَلَىٰ أَعْقَابِنَا بَعْدَ إِذْ هَدَانَا اللَّهُ كَالَّذِي اسْتَهْوَتْهُ الشَّيَاطِينُ فِي الْأَرْضِ حَيْرَانَ لَهُ أَصْحَابٌ

يَدْعُونَهُ إِلَى الْهُدَى ائْتِنَا ۗ قُلْ إِنَّ هُدَى اللَّهِ هُوَ الْهُدَىٰ ۖ وَأُمِرْنَا لِنُسْلِمَ لِرَبِّ الْعَالَمِينَ ﴿٧١﴾

বিদুনা মফম-মরাং খঙহনর্বিখিদ্রবা মালেমথক্তা; মহাক্কী মরূপ মপিজাশিংনা কৌরি মহাকপু লমজিং ফংহৌনবগী (অসি হায়দুনা ঃ) "লাকও ঐখোইদা।" হায়য়ু ঃ "থাঙ্গেশেংবমক অল্লাহগী লমজিং অদুতা (অচুম্বা) লমজিংনি, অমসুং ঐখোইবু হুকুম তৌবিখ্রে চঙজৌ হায়না মপুদা সংসার পুম্নমক্কী।

وَأَنْ أَقِيمُوا الصَّلَاةَ وَاتَّقُوهُ ۚ وَهُوَ الَّذِي إِلَيْهِ تُحْشَرُونَ ﴿٧٢﴾

৭৩। "অমসুং (ঐখোইদা হুকুম অসিসু তৌবিখ্রে ঃ) নমাজ তৌ অমসুং অল্লাহবু কিয়ু; অমসুং মহাক্কী মায়কৈদনি নখোই পুম্নমক খোমজনবিগদৌরিবা।"

وَهُوَ الَّذِي خَلَقَ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضَ بِالْحَقِّ ۖ وَيَوْمَ يَقُولُ كُنْ فَيَكُونُ ۚ قَوْلُهُ الْحَقُّ ۚ وَلَهُ الْمُلْكُ يَوْمَ يُنْفَخُ فِي الصُّورِ ۚ عَالِمُ الْغَيْبِ وَالشَّهَادَةِ ۚ وَهُوَ الْحَكِيمُ الْخَبِيرُ ﴿٧٣﴾

৭৪। অদুগা মহাকননি লৈশেম-নুংশেমখিবা আসমান অমসুং পৃথিবীবু অচুম্বগা লোয়ননা। অদুগা নুমিৎ অদুদা মহাকনা হায়বিগনি "ওইয়ু" মদু হেক্তমক ওইগনি। মহাক্কী ৱাহৈদি অচুম্বনি অমসুং মহাক্কী শাসননি নুমিৎ অদুদা পেরে শিঙ্গা খোংলকপদা। মহাক্তি অখঙবনি অরোনবশিং অমসুং অফোংবশিং। অদুগা মহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি, খবররালানি।

وَإِذْ قَالَ إِبْرَاهِيمُ لِأَبِيهِ آزَرَ أَتَتَّخِذُ أَصْنَامًا آلِهَةً ۖ إِنِّي أَرَاكَ وَقَوْمَكَ فِي ضَلَالٍ مُبِينٍ ﴿٧٤﴾

৭৫। অদুগা (নীংশিঙউ মতমদু) ইব্রাহীমনা হায়খি মহাক্কী মপাবুং আজরদা ঃ "পাবুংনা লৌরব্রা মূর্তিশিংবু লাইশিং ওইনা? থাঙ্গেশেংবমক ঐনা উরে নহাক অমসুং নহাক্কী মীশিং তশেং-তশেংনা লমফৈ-খোঙফম্নরে।"

وَكَذَٰلِكَ نُرِي إِبْرَاهِيمَ مَلَكُوتَ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ وَلِيَكُونَ مِنَ الْمُوقِنِينَ ﴿٧٥﴾

৭৬। অদুগা অসুম্না ঐখোইনা উহনবিখি ইব্রাহীমদা নিংথৌ লৈবাক আসমান অমসুং পৃথিবীগী অদুনা মহাকপু ফংহন্নবা অচুম্বা লমজিং অমসুং মহাকপু ওইহন্নবা শোয়দ্রবা অমা অচুম্বা থাজবশিংগী।

فَلَمَّا جَنَّ عَلَيْهِ اللَّيْلُ رَأَىٰ كَوْكَبًا ۖ قَالَ هَٰذَا رَبِّي

৭৭। অদুগা অহিং (গী অমম্বনা) কুপশনখ্রবদা মহাকপু, মহাকনা উখি থৱানমিচাক অমা; (অদুদা) মহাকনা হায়খি ঃ "মসি ঐগী মপু ওইরব্রা?" তৌইগুম্বসুং মদুনা তাখিবা মতমদা

মহাকনা হায়খিঃ "ঐনা পামদে তাবা নাইবশিংবু।"

فَلَمَّآ اَفَلَ قَالَ لَآ اُحِبُّ الْاٰفِلِيْنَ ٧٦

৭৮। অদুগী তুংদা মহাকনা উখিবদা চন্দ্র থা ইঙান-ঙান্না থোরকপা, মহাকনা হায়খিঃ "মসি ঐগী মপু ওইরব্রা?" তৌইগুম্বসুং মদুনা তাখিবা মতমদা, মহাকনা হায়খিঃ "ঐগী মপুনা লমজিং-বিরমদ্রবদি ঐবু, ঐসু শোয়দনমক তিনখিরমগনি মরক্তা লম্মুক্লবশিংগী।"

فَلَمَّا رَاَ الْقَمَرَ بَازِغًا قَالَ هٰذَا رَبِّيْ فَلَمَّآ اَفَلَ قَالَ لَئِنْ لَّمْ يَهْدِنِيْ رَبِّيْ لَاَكُوْنَنَّ مِنَ الْقَوْمِ الضَّآلِّيْنَ ٧٧

৭৯। অদুগী তুংদা মহাকনা উখি সূর্য্য নুমিৎ ইলং-লংনা থোরকপা, (অদুদা) মহাকনা হায়খিঃ "মসি ঐগী মপু ওইরব্রা? মসিনা খ্বাইদগী হেন্না অচৌবনি।" তৌইগুম্বসুং মদুনা তাখিবা মতমদা, মহাকনা হায়খিঃ "হো ঐগী শীংলুপ! তশেংবমক ঐনা থাদোকচরে নখোইনা থৈজনবা পুম্নমক (অল্লাহগী) মশরুক য়ামিন্নবশিংনি হায়না।

فَلَمَّا رَاَ الشَّمْسَ بَازِغَةً قَالَ هٰذَا رَبِّيْ هٰذَآ اَكْبَرُ فَلَمَّآ اَفَلَتْ قَالَ يٰقَوْمِ اِنِّيْ بَرِيْٓءٌ مِّمَّا تُشْرِكُوْنَ ٧٨

৮০। "তশেংবমক ঐ ইমায় ওনশিনজরে আসমান অমসুং পৃথিবীগী লৈশেম-নুংশেম্বা মহাক্কী মায়কৈদা ঋদি শেংনা, অমসুং ঐ নত্তে (অমা, অল্লাহগী) মশরুক য়ামিন্নবশিং লৈ হায়জিনবশিংগী।"

اِنِّيْ وَجَّهْتُ وَجْهِيَ لِلَّذِيْ فَطَرَ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضَ حَنِيْفًا وَّمَآ اَنَا مِنَ الْمُشْرِكِيْنَ ٧٩

৮১। অদুগা মহাক্কী মীশিংনা চীন্দান পাওদান্নখি মহাক্কা ওনশন্নদুনা। (অদুদা) মহাকনা হায়খিঃ করিগী নখোইনা মরে য়েংপগে ঐঙোন্দা অল্লাহগী মরমদা, মহাকনা লমজিংবিখ্রবদা ঐবু? অদুগা ঐনা করিসু কিবিদে নখোইনা থৈজনবা (পুম্নমক) মঙোন্দা—মদু নত্তবদা ঐনা কিজে ঐগী মপুনা তৌনীংবা অদুতা। ঐগী মপুনা খঙই পোৎ পুম্নমক মহাক্কী জ্ঞান্না। নখোইবু ৱাখল ইতৌ-তৌদ্রব্রা?

وَحَآجَّهٗ قَوْمُهٗ قَالَ اَتُحَآجُّوْٓنِّيْ فِي اللّٰهِ وَقَدْ هَدٰىنِ وَلَآ اَخَافُ مَا تُشْرِكُوْنَ بِهٖٓ اِلَّآ اَنْ يَّشَآءَ رَبِّيْ شَيْـًٔا وَسِعَ رَبِّيْ كُلَّ شَيْءٍ عِلْمًا اَفَلَا تَتَذَكَّرُوْنَ ٨٠

৮২। অদুগা করি মরমগী ঐনা কিগদৌরি নখোইনা অল্লাহগী মশরুক য়ামিন্নবশিংনি হায়জিনবা অদুবু, নখোইনা কিদ্রগা অল্লাহগী মশরুক য়ামিন্নবশিংনি হায়জিনবদি, মদু তৌনবগী

وَكَيْفَ اَخَافُ مَآ اَشْرَكْتُمْ وَلَا تَخَافُوْنَ اَنَّكُمْ اَشْرَكْتُمْ بِاللّٰهِ مَا لَمْ يُنَزِّلْ بِهٖ عَلَيْكُمْ سُلْطٰنًا

فَأَيُّ الْفَرِيقَيْنِ أَحَقُّ بِالْأَمْنِ إِنْ كُنْتُمْ تَعْلَمُونَ ﴿٨١﴾

মহাকনা পীখিদে হুকুম নখোইদা। অদুগী মতুংইন্না, কাঙবু অনিগী মরক্তা করম্বনা খুদোংথীবা লৈফম থোক্তবগে (ঐঙোন্দা পাওখুম্মু), নখোইনা খঙলবদি ?

الَّذِينَ آمَنُوا وَلَمْ يَلْبِسُوا إِيمَانَهُمْ بِظُلْمٍ أُولَٰئِكَ لَهُمُ الْأَمْنُ وَهُمْ مُهْتَدُونَ ﴿٨٢﴾

৮৩। অচুম্বা থাজখ্রবা মীওইশিং অমসুং মখোইগী থাজবদু অরানবগা চয়ান-খয়ান তৌদবা— মখোইদো অঙাংবা ফংনঙাইহনি অমসুং মখোই অচুম্বা লমজিং ফংখ্রবাঙাকনি।

১০ শুবা রুকূ

وَتِلْكَ حُجَّتُنَا آتَيْنَاهَا إِبْرَاهِيمَ عَلَىٰ قَوْمِهِ ۚ نَرْفَعُ دَرَجَاتٍ مَنْ نَشَاءُ ۗ إِنَّ رَبَّكَ حَكِيمٌ عَلِيمٌ ﴿٨٣﴾

৮৪। মদু ঐখোইগী মরৈনি—ঐখোইনা পীখিবনি ইব্রাহীমদা মহাক্কী মীশিংগী মায়োক্তা। ঐখোইনা থাক রাংখৎহল্লি ঐখোইনা চানবিবা (মতিকচাব) শিংবু। থাঙ্গৈশেংবমক নংগী মপুদি খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি, পুংখঙ-খঙবনি।

وَوَهَبْنَا لَهُ إِسْحَاقَ وَيَعْقُوبَ ۚ كُلًّا هَدَيْنَا ۚ وَنُوحًا هَدَيْنَا مِنْ قَبْلُ ۖ وَمِنْ ذُرِّيَّتِهِ دَاوُودَ وَسُلَيْمَانَ وَأَيُّوبَ وَيُوسُفَ وَمُوسَىٰ وَهَارُونَ ۚ وَكَذَٰلِكَ نَجْزِي الْمُحْسِنِينَ ﴿٨٤﴾

৮৫। অদুগা ঐখোইনা পীখি মঙোন্দা (২ শুবা মচানিপা) ইসহাক অমসুং (মশু নিপা) য়াকুব। মখোই খুদিংবু ঐখোইনা লমজিংবিখি, অমসুং নুহবু ঐখোইনা লমজিংবিখি মমাংঙৈদা, অমসুং মহাক্কী মচা মশুশিংদগী—দাউদ অমসুং সুলৈমান অমসুং ঐয়ুব অমসুং য়ুসুফ অমসুং মুসা অমসুং হারুন (বুসু লমজিংবিখি)। অসুম্না ঐখোইনা পীবি মহৈ অফবা খানবশিংদা (অতোপ্পদা)।

وَزَكَرِيَّا وَيَحْيَىٰ وَعِيسَىٰ وَإِلْيَاسَ ۖ كُلٌّ مِنَ الصَّالِحِينَ ﴿٨٥﴾

৮৬। অদুগা (ঐখোইনা লমজিংবিখি) জকরিয়য় অমসুং য়হয়া অমসুং ঈসা অমসুং ইলয়াসবু। মখোই খুদিং ধর্ম্ম চেংলৌ শকওইনবশিংনি,

وَإِسْمَاعِيلَ وَالْيَسَعَ وَيُونُسَ وَلُوطًا ۚ وَكُلًّا فَضَّلْنَا عَلَى الْعَالَمِينَ ﴿٨٦﴾

৮৭। অদুগা (ঐখোইনা লমজিংবিখি) ইসমাঈল অমসুং য়স'অ অমসুং য়ুনুস অমসুং লুতপু।অদুগা মখোই খুদিং কোলোয় মমিং চাওনা চেংলৌ মশক ওইহনবিখি (মখোইগী) মীশিংগী মথক্তা,

وَمِنْ آبَائِهِمْ وَذُرِّيَّاتِهِمْ وَإِخْوَانِهِمْ ۖ وَاجْتَبَيْنَاهُمْ

৮৮। অদুগা মখোইগী মপাশিংগী অমসুং মচাশিংগী অমসুং মচিন মনাওশিংগী খরবু (ঐখোইনা ওইহনবিখি চীঙু লায়বক ফবা), অমসুং

وَهَدَيْنَٰهُمْ إِلَىٰ صِرَٰطٍ مُّسْتَقِيمٍ ﴿٨٨﴾

ঐখোইনা খনগৎপিখি মখোইবু অমসুং ঐখোইনা লমজিংবিখি মখোইবু অচুম্বা লম্বীদা।

ذَٰلِكَ هُدَى ٱللَّهِ يَهْدِى بِهِۦ مَن يَشَآءُ مِنْ عِبَادِهِۦ ۚ
وَلَوْ أَشْرَكُوا۟ لَحَبِطَ عَنْهُم مَّا كَانُوا۟ يَعْمَلُونَ ﴿٨٩﴾

৮৯। মসি অল্লাহগী লমজিংনি, মহাকনা পীবি লমজিংদু মহাকনা চানবিবা মনাইশিংবু। অদুগা মখোইনা থৌজিল্লমলবদি (অল্লাহদা) মশরুক য়ামিন্নবশিং, মখোইনা তৌবা (থবক) পুম্নমক করিসু কান্নবা ওইরমলোই মখোইদা।

أُو۟لَٰٓئِكَ ٱلَّذِينَ ءَاتَيْنَٰهُمُ ٱلْكِتَٰبَ وَٱلْحُكْمَ وَٱلنُّبُوَّةَ ۚ
فَإِن يَكْفُرْ بِهَا هَٰٓؤُلَآءِ فَقَدْ وَكَّلْنَا بِهَا قَوْمًا لَّيْسُوا۟
بِهَا بِكَٰفِرِينَ ﴿٩٠﴾

৯০। মখোইসিদা ঐখোইনা পীখি কিতাব অমসুং হায়বা ইনহন্নবগী শক্তি অমসুং পৈগম্বরী। মরম অদুনা মখোইনা থাজদ্রবদি মদুদা (করিসু পরব্রা নত্তে), ঐখোইনা তশেংবমক শীন্নবিখ্রে মদু মী কাওলুপ অমদা মখোইদু ওইদে থাজদবশিং মদুবু।

أُو۟لَٰٓئِكَ ٱلَّذِينَ هَدَى ٱللَّهُ ۖ فَبِهُدَىٰهُمُ ٱقْتَدِهْ ۗ قُل لَّآ
أَسْـَٔلُكُمْ عَلَيْهِ أَجْرًا ۖ إِنْ هُوَ إِلَّا ذِكْرَىٰ لِلْعَٰلَمِينَ ﴿٩١﴾ ع

৯১। মখোইসিবু অল্লাহনা লমজিংবিখ্রবনি, মরম অসিনা ইম্বু মখোইগী লমজিং খোঙফম। হায়যু (নং মখোইসিদা)ঃ "ঐনা হায়জদে নখোইদা অরামল পীযু (পাওজেন লাউথোকপা) অসিগীদমক। মসি করিসু নত্তে পাওতাকনি জাতি পুম্নমক্কীদমক্তা।

১১ শুবা কক্‌

وَمَا قَدَرُوا۟ ٱللَّهَ حَقَّ قَدْرِهِۦٓ إِذْ قَالُوا۟ مَآ أَنزَلَ ٱللَّهُ

عَلَىٰ بَشَرٍ مِّن شَىْءٍ ۗ قُلْ مَنْ أَنزَلَ ٱلْكِتَٰبَ ٱلَّذِى جَآءَ

بِهِۦ مُوسَىٰ نُورًا وَهُدًى لِّلنَّاسِ ۖ تَجْعَلُونَهُۥ قَرَاطِيسَ

تُبْدُونَهَا وَتُخْفُونَ كَثِيرًا ۖ وَعُلِّمْتُم مَّا لَمْ تَعْلَمُوٓا۟

أَنتُمْ وَلَآ ءَابَآؤُكُمْ ۖ قُلِ ٱللَّهُ ۖ ثُمَّ ذَرْهُمْ فِى خَوْضِهِمْ

৯২। অদুগা মখোইনা সম্মান তৌদে অল্লাহবু তৌফম থোকপগী মতুংইন্না মহাকপু, অদুনা মখোইনা হায়ঃ "অল্লাহনা ফোংদোকপিখিদে করিগুম্বা অমতা কনাগুম্বা মী অমদা।" হায়যু (মখোইদা)ঃ "কনানা থাবিরকখিবগে মুসানা পুরকখিবা কিতাবদু, মদু (হিংনবগী) মঙালনি অমসুং লমজিংনি মীশিংগী—(অমসুং) নখোই (হান্না কিতাব ফংখ্রবশিং) না মদু চেজেৎশিংদা (মচিৎ মচিৎ ইথোকলগা) উহনখি, তৌইগুম্বসুং নখোইনা লোৎশিনখি অয়াম্বা (শরুকদি); অমসুং নখোইবু তম্বিখি (রারম কয়া) নখোইনা অমদি নখোইগী নপা-নপুশিংনা খঙলমদবা ?" (অমুকসু) হায়যু : "অল্লাহনা (থাবিরকখি মদু)।" মসিগী

মতুংদা থাদোকও মখোইবু ৱারেম শুদুনা নুংঙাইজহৌনবা।

يَلْعَبُونَ ﴿٩٢﴾

৯৩। অদুগা কিতাব অসি ঐখোইনা থাখিবনি, য়াইফখোলনা পিক থনবনি, অচুম্বনি হায়না তাকই মাগী মমাংদা লৈরম্বা (কিতাব) বু অমসুং নংনা চেকশিনহন্নবা শহরশিংগী পল্লেম পীওইবীবু অমসুং মাগী অকোয়বদা লৈবশিংবু। অদুগা আখেরতবু য়াবা মীশিংনা থাজে মসিবু অমসুং মখোই চেকশল্লি মখোইগী নমাজ (তৌব) দা।

وَهٰذَا كِتٰبٌ اَنْزَلْنٰهُ مُبٰرَكٌ مُّصَدِّقُ الَّذِىْ بَيْنَ يَدَيْهِ وَلِتُنْذِرَ اُمَّ الْقُرٰى وَمَنْ حَوْلَهَا ۗ وَالَّذِيْنَ يُؤْمِنُوْنَ بِالْاٰخِرَةِ يُؤْمِنُوْنَ بِهٖ وَهُمْ عَلٰى صَلَاتِهِمْ يُحَافِظُوْنَ ﴿٩٣﴾

৯৪। অদুগা কনানো হেন্না চুমদবা মঙোন্দগী মহাকনা শেরান্নবা হায়জল্লি অল্লাহগী মথক্তা নত্তগা হায়ঃ "ঐঙোন্দা ফোংদোকপিখ্রে স্বর্গগী ৱাপাও" তৌইগুম্বসুং করিসু ফোংদোকপিখিদে মঙোন্দা ; অমসুং মহাকনা হায় ঃ "ঐনা থাবিরক্কনি অল্লাহনা থাবিরকখিবা অদুগুম্বা ?" অদুগা নংনা করিগুম্বা উরমলবদি ফত্তরম লম্বীনবশিংনা শিরমদাইগী অৱাবা শরুক্কুবদু, অমসুং ফরিশতহশিংনা মখুৎশিং তিংথোরক্কনি (অসি হায়দুনা) "পীথোকচরকও নখোইগী নথৱাইশিং। ঙসি নুমিত্তা নখোইদা পীবিগনি ঈকাইবগী দণ্ড, মরমদি নখোইনা ঙাঙ-শকলম্মী অরানবা অল্লাহগী মায়োক্তা অমসুং (মরমদি) নখোইনা নমায় ওন্থোকখি মহাক্কী পাওজেনশিংদগী থওই-উশিন্তনা।৮

وَمَنْ اَظْلَمُ مِمَّنِ افْتَرٰى عَلَى اللّٰهِ كَذِبًا اَوْ قَالَ اُوْحِىَ اِلَىَّ وَلَمْ يُوْحَ اِلَيْهِ شَىْءٌ وَّمَنْ قَالَ سَاُنْزِلُ مِثْلَ مَاۤ اَنْزَلَ اللّٰهُ ۗ وَلَوْ تَرٰۤى اِذِ الظّٰلِمُوْنَ فِىْ غَمَرٰتِ الْمَوْتِ وَالْمَلٰۤئِكَةُ بَاسِطُوْۤا اَيْدِيْهِمْ ۚ اَخْرِجُوْۤا اَنْفُسَكُمْ ۗ اَلْيَوْمَ تُجْزَوْنَ عَذَابَ الْهُوْنِ بِمَا كُنْتُمْ تَقُوْلُوْنَ عَلَى اللّٰهِ غَيْرَ الْحَقِّ وَكُنْتُمْ عَنْ اٰيٰتِهٖ تَسْتَكْبِرُوْنَ ﴿٩٣﴾

৯৫। অদুগা (হৌজিক) তশেংবমক নখোই লাকলে ঐখোইগী ইনাক্তা নথন-নথন্তা ঐখোইনা শেমখিবগুম্না নখোইবু অহানবদা, অমসুং নখোইনা থরমখ্রে নতুংদা ঐখোইনা পীখিবদু নখোইদা (তাইবঙ পুন্সিদা), অমসুং ঐখোইনা উদে নখোইগা লোয়নরকপা নখোইগী ৱা নোম্বিবশিং নখোইনা হায়জিল্লম্বদু মখোই (অল্লাহগী) মশরুক য়াম্নিবশিংনি নখোইগী (থবকশিংদা)। তশেংবমক (হৌজিক) ককথৎ-

وَلَقَدْ جِئْتُمُوْنَا فُرَادٰى كَمَا خَلَقْنٰكُمْ اَوَّلَ مَرَّةٍ وَّتَرَكْتُمْ مَّا خَوَّلْنٰكُمْ وَرَاۤءَ ظُهُوْرِكُمْ ۚ وَمَا نَرٰى مَعَكُمْ شُفَعَاۤءَكُمُ الَّذِيْنَ زَعَمْتُمْ اَنَّهُمْ فِيْكُمْ شُرَكٰۤؤُا ۗ

لَقَد تَّقَطَّعَ بَيْنَكُمْ وَضَلَّ عَنكُم مَّا كُنتُمْ تَزْعُمُونَ ﴿٩٥﴾

পিখ্রে নখোই অমগা অমগা লৈনরম্বা মরীদু অমসুং নখোইনা চুম্মি হায়না হায়নরম্বদুনা থওইবিখিদ্রে নখোইবু।

১২ শুবা রুকূ

إِنَّ اللَّهَ فَالِقُ الْحَبِّ وَالنَّوَىٰ ۖ يُخْرِجُ الْحَيَّ مِنَ الْمَيِّتِ وَمُخْرِجُ الْمَيِّتِ مِنَ الْحَيِّ ۚ ذَٰلِكُمُ اللَّهُ ۖ فَأَنَّىٰ تُؤْفَكُونَ ﴿٩٦﴾

৯৬। থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহননি মহৈ-মরোংগী মরু অমসুং খজুর মরুবু (চেকখায়হন্দুনা) ময়োন চোংহল্লিবা। মহাকনা পুথোরকই অহিংবা অশিবদগী অমসুং মহাকনা পুথোরকই অশিবা অহিংবদগী। মসি (পুম্নমক তৌবা ঙম্বা) অল্লাহনি! করি মরমগী নখোই তুং হন্দোকপা (অল্লাহদগী)।?

فَالِقُ الْإِصْبَاحِ وَجَعَلَ اللَّيْلَ سَكَنًا وَالشَّمْسَ وَالْقَمَرَ حُسْبَانًا ۚ ذَٰلِكَ تَقْدِيرُ الْعَزِيزِ الْعَلِيمِ ﴿٩٧﴾

৯৭। মহাকনা নোংঙানহল্লি অমসুং মহাকনা শেমখি অহিংবু পোথানবা অমসুং (শেম্মি) নুমিৎ অমসুং থা হিসাব তৌনবগী মতম। মসি নোংদমনি পাঙ্গলবা, পোৎ পুম্নমক খঙবা (মপু) গী।

وَهُوَ الَّذِي جَعَلَ لَكُمُ النُّجُومَ لِتَهْتَدُوا بِهَا فِي ظُلُمَاتِ الْبَرِّ وَالْبَحْرِ ۗ قَدْ فَصَّلْنَا الْآيَاتِ لِقَوْمٍ يَعْلَمُونَ ﴿٩٨﴾

৯৮। অদুগা মহাকননি শেমখিবা থৱানমিচাকশিং নখোইগীদমক্তা অদুনা নখোইনা খোঙফম্নবা অচুম্বা মায়কৈ মখোইগী মতেংনা কংফান অমসুং সমুদ্রগী অমম্বদা। তশেংবমক ঐখোইনা মাচা খায়না তাকপি খুদমশিং স্তান লৈবা মীওইশিংগীদমক্তা।

وَهُوَ الَّذِي أَنشَأَكُم مِّن نَّفْسٍ وَاحِدَةٍ فَمُسْتَقَرٌّ وَمُسْتَوْدَعٌ ۗ قَدْ فَصَّلْنَا الْآيَاتِ لِقَوْمٍ يَفْقَهُونَ ﴿٩٩﴾

৯৯। অদুগা মহাকননি পোকহনবিখিবা নখোইবু মী অমতদগী, অমসুং নখোইগীদমক্তা লৈ কুইদবা পোথাফম অমসুং তুংকোইবা য়ারেকফম। তশেংবমক ঐখোইনা মাচা খায়না তাকপি খুদমশিং অখঙবা মীশিংগীদমক্তা।

وَهُوَ الَّذِي أَنزَلَ مِنَ السَّمَاءِ مَاءً فَأَخْرَجْنَا بِهِ نَبَاتَ كُلِّ شَيْءٍ فَأَخْرَجْنَا مِنْهُ خَضِرًا نُّخْرِجُ مِنْهُ حَبًّا مُّتَرَاكِبًا وَمِنَ النَّخْلِ مِن طَلْعِهَا قِنْوَانٌ دَانِيَةٌ وَجَنَّاتٍ مِّنْ أَعْنَابٍ وَالزَّيْتُونَ وَالرُّمَّانَ مُشْتَبِهًا

১০০। অদুগা মহাকননি তাহল্লিবা নোং-ঈশিং আসমান্দগী, অদুগী তুংদা ঐখোইনা হৌহল্লি মদুগা লোয়নননা পাম্বী মখল খুদিং; অদুগী তুংদা ঐখোইনা থোকহল্লি অশংবা (উনাশিং), মদুদগী ঐখোইনা পানহল্লি মহৈ চরোং; অমসুং খজুর পাম্বীশিং মদুগী কুয়োমদগী য়ানহল্লি মহৈ শোরী, অমসুং ঐখোইনা (পুথোকই) হৈকোনশিং অঙ্গুরগী

وَغَيْرَ مُتَشَابِهٍ ۗ انْظُرُوا إِلَىٰ ثَمَرِهِ إِذَا أَثْمَرَ وَيَنْعِهِ ۚ إِنَّ فِي ذَٰلِكُمْ لَآيَاتٍ لِقَوْمٍ يُؤْمِنُونَ ﴿٩٩﴾

অমসুং চোরফোনগী অমসুং কাফোইগী (মখোইগী উহৈশিং) অমগা অমগা (মওং) ইমান-মান্নে অমসুং (মখল) ইমান-মান্নদে। য়েংউ মদুগী উহৈ মানা মহৈ য়ানবা মতমদা অমসুং মুনবদা। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদমশিং (পারা লৌনবগী) অচুম্বা থাজবা মীশিংগী।

وَجَعَلُوا لِلَّهِ شُرَكَاءَ الْجِنَّ وَخَلَقَهُمْ ۖ وَخَرَقُوا لَهُ بَنِينَ وَبَنَاتٍ بِغَيْرِ عِلْمٍ ۚ سُبْحَانَهُ وَتَعَالَىٰ عَمَّا يَصِفُونَ ﴿١٠٠﴾

১০১। অদুগা মখোইনা লৌই জিনশিংবু মশরুক য়ামিন্নবশিং ওইনা অল্লাহগী, মহাকনা শেম-শাথ্রবসু মখোইবু; অমসুং মখোইনা লান্না থৈজিল্লি মঙোন্দা মচা নিপাশিং অমসুং মচা নুপীশিং জ্ঞান করিসু লৈতনা। মহাক্তি অশেংবনি অমসুং থাক রাংনা লৈথ্রবনি মখোইনা থৈজিল্লিবা অদুদগী (মঙোন্দা)।

১৩ শুবা রুকূ

بَدِيعُ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ ۖ أَنَّىٰ يَكُونُ لَهُ وَلَدٌ وَلَمْ تَكُنْ لَهُ صَاحِبَةٌ ۖ وَخَلَقَ كُلَّ شَيْءٍ ۖ وَهُوَ بِكُلِّ شَيْءٍ عَلِيمٌ ﴿١٠١﴾

১০২। (অঙকপা) লৈশেম-নুংশেম্বনি আসমান অমসুং পৃথিবীগী! করম্না মহাক লৈগনি মচা নিপা অমা মহাক্কী বীবীদি লৈতনা? অদুগা মহাকনা শেম-শাবিখি পোৎ খুদিংমক অমসুং মহাক্তি ইখঙ-খঙবনি পোৎ পুম্নমক।

ذَٰلِكُمُ اللَّهُ رَبُّكُمْ ۖ لَا إِلَٰهَ إِلَّا هُوَ ۖ خَالِقُ كُلِّ شَيْءٍ فَاعْبُدُوهُ ۚ وَهُوَ عَلَىٰ كُلِّ شَيْءٍ وَكِيلٌ ﴿١٠٢﴾

১০৩। মসি অল্লাহনি, নখোইগী মপুনি। মহাক নত্তবা চীঙু লাই কনামতা লৈতে, লৈশেম-নুংশেম্বনি পোৎ পুম্নমক্কী, মরম অসিনা খুরুম খাজংঙু মহাকপু। অদুগা মহাক্তি ঙাকপি-শেনবিবনি পোৎ পুম্নমক্কী।

لَا تُدْرِكُهُ الْأَبْصَارُ وَهُوَ يُدْرِكُ الْأَبْصَارَ ۖ وَهُوَ اللَّطِيفُ الْخَبِيرُ ﴿١٠٣﴾

১০৪। (কুরাং) মিৎশিংনা য়ৌবা ঙমদে মহাকপু, তৌইগুম্বসুং মহাকনা য়ৌই মিৎ পুম্নমক; অমসুং মহাক্তি খঙঙমদবনি, খবরল্বালানি।

قَدْ جَاءَكُمْ بَصَائِرُ مِنْ رَبِّكُمْ ۖ فَمَنْ أَبْصَرَ فَلِنَفْسِهِ ۖ وَمَنْ عَمِيَ فَعَلَيْهَا ۚ وَمَا أَنَا عَلَيْكُمْ بِحَفِيظٍ ﴿١٠٤﴾

১০৫। তশেংবমক লাকখ্রবনি নখোইদা দলিলশিং নখোইগী মপুদগী; মরম অদুনা কনাগুম্বনা উরবদি (মদু) মহাক মশাগী অফবনি; অমসুং কনাগুম্বনা (মদু উনীংদদুনা) মমিৎশিং তুমশল্লবদি মহাক মশাগী অমাঙবনি। অদুগা ঐসে নখোইবু পান্নবা (থারকপা মী) নত্তে।

১০৬। অদুগা অসুম্না ঐখোইনা ফোংদোকপি পাওজেনশিং (মওং কয়াদা মখোইনা খঙবা ঙম্নবা), তৌইগুম্বসুং মখোইনা হায়ঃ "নংনা নিংথীজনা পাথোকখ্রে (নংনা তমলকপদু)" অমসুং (ঐখোইনা খেন্নহন্নি পাওজেনশিং) অদুনা ঐখোইনা শুগায়না তাক্লবা মদু অখঙবা মীশিংদা।

وَكَذٰلِكَ نُصَرِّفُ الْاٰيٰتِ وَلِيَقُوْلُوْا دَرَسْتَ وَلِنُبَيِّنَهٗ لِقَوْمٍ يَّعْلَمُوْنَ ۝١٠٥

১০৭। তুং ইল্লু নংঙোন্দা ফোংদোকপিরকখিবদু নংগী মপুদগী; মহাক নত্তবা চীঙু লাই কনামতা লৈতে; অদুগা নমায় ওন্থোকও লাইয়াম থাজবশিংদগী।

اِتَّبِعْ مَآ اُوْحِيَ اِلَيْكَ مِنْ رَّبِّكَ ۚ لَآ اِلٰهَ اِلَّا هُوَ ۚ وَاَعْرِضْ عَنِ الْمُشْرِكِيْنَ ۝١٠٦

১০৮। অদুগা অল্লাহনা করিগুম্বা নীংলমলবদি, মখোইনা থৈজিল্লম্মোই মশরুক য়াম্নিনবশিং (মঙোন্দা); অমসুং ঐখোইনা হাপখিদে নংবু পান্ননবগী মখোইবু নত্ত্রগা নং নত্তে মখোইগী ঙাক-শেনবিবা (মী)।

وَلَوْ شَآءَ اللّٰهُ مَآ اَشْرَكُوْا ۗ وَمَا جَعَلْنٰكَ عَلَيْهِمْ حَفِيْظًا ۚ وَمَآ اَنْتَ عَلَيْهِمْ بِوَكِيْلٍ ۝١٠٧

১০৯। অদুগা চৈ-থাংগনু মখোইনা কৌজরিবা অল্লাহ নত্তবা (লাই) শিং অদুবু, করিনা হায়ববু মখোইনা নুংঙাইতবদগী (পাওখুম্বদা). চৈ-থাংগনি অল্লাহবু মখোইনা খঙবা রাৎপদগী। অসুম্না মী খুদিংদা ঐখোইনা উহনবিখ্রে ফজবা ওইনা মখোইগী থবকশিংদু; মসিগী মতুংদা মখোইগী মপুদা মখোই হনজনগনি, মতমদুদা মহাকনা খঙহনবিগনি মখোইবু মখোইনা মশিঙ্গাং ওইনা তৌরম্বদু।

وَلَا تَسُبُّوا الَّذِيْنَ يَدْعُوْنَ مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ فَيَسُبُّوا اللّٰهَ عَدْوًاۢ بِغَيْرِ عِلْمٍ ؕ كَذٰلِكَ زَيَّنَّا لِكُلِّ اُمَّةٍ عَمَلَهُمْ ۪ ثُمَّ اِلٰى رَبِّهِمْ مَّرْجِعُهُمْ فَيُنَبِّئُهُمْ بِمَا كَانُوْا يَعْمَلُوْنَ ۝١٠٨

১১০। অদুগা মখোইনা রাশকই মখোইগী অকন্নবা রাশকশিং অল্লাহদা মদুদি করিগুম্বা খুদম অমা লাকলবদি মখোইদা, মখোই শোয়দনমক থাজগনি মদুদা। হায়য়ুঃ "তশেংবমক খুদমশিং লৈ অল্লাহগী মখুত্তা," তৌইগুম্বসুং (হে মুসলিমশিং!) নখোইবু খঙদ্রব্রা মদুদি খুদমশিং লাকলবদা, মখোই (মীফম্তশিং) না থাজররোই।

وَاَقْسَمُوْا بِاللّٰهِ جَهْدَ اَيْمَانِهِمْ لَئِنْ جَآءَتْهُمْ اٰيَةٌ لَّيُؤْمِنُنَّ بِهَا ؕ قُلْ اِنَّمَا الْاٰيٰتُ عِنْدَ اللّٰهِ وَمَا يُشْعِرُكُمْ ۙ اَنَّهَآ اِذَا جَآءَتْ لَا يُؤْمِنُوْنَ ۝١٠٩

১১১। অদুগা ঐখোইনা চমম্নহনবিগনি মখোইগী মথম্মোইশিং অমসুং মমিৎশিং, মখোইনা থাজখি-

وَنُقَلِّبُ اَفْـِٕدَتَهُمْ وَاَبْصَارَهُمْ كَمَا لَمْ يُؤْمِنُوْا بِهٖٓ اَوَّلَ

مَرَّةٍ وَّنَذَرُهُمْ فِيْ طُغْيَانِهِمْ يَعْمَهُوْنَ ﴿١١٠﴾

দবগী (খুদমশিং) অদুদা অহানবদা; অমসুং ঐখোইনা 'থাদোকপিগনি। মখোইবু মখোইগী কা হেন্দোকপদা (অসুম হৈনহনবিদুনা), কণ্ডাওননা কোয়চৎ-চৎহনবিদুনা।

সিপারহ ৮ ঃ রলৌ অন্ননা

১৪ শুবা রুকূ

وَلَوْ اَنَّنَا نَزَّلْنَآ اِلَيْهِمُ الْمَلٰٓئِكَةَ وَكَلَّمَهُمُ الْمَوْتٰى وَحَشَرْنَا عَلَيْهِمْ كُلَّ شَيْءٍ قُبُلًا مَّا كَانُوْا لِيُؤْمِنُوْٓا اِلَّآ اَنْ يَّشَآءَ اللّٰهُ وَلٰكِنَّ اَكْثَرَهُمْ يَجْهَلُوْنَ ﴿١١١﴾

১১২। অদুগা ঐখোইনা থাবিরকলমখ্রবা ফাওবদা মখোইদা ফরিশতহশিং, অমসুং অশিবনা রা ঙাঙলমখ্রবসু মখোইদা অমসুং ঐখোইনা পুম্নপুম্না খোমজল্লবসু পোৎ পুম্নমক মায়োক্লনা মখোইদা, মখোইনা অচুম্বা থাজররোই, অল্লাহনা চানবিদ্রবদি। তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বা অপঙজাওবশিংনি।

وَكَذٰلِكَ جَعَلْنَا لِكُلِّ نَبِيٍّ عَدُوًّا شَيٰطِيْنَ الْاِنْسِ وَالْجِنِّ يُوْحِيْ بَعْضُهُمْ اِلٰى بَعْضٍ زُخْرُفَ الْقَوْلِ غُرُوْرًا وَلَوْ شَآءَ رَبُّكَ مَا فَعَلُوْهُ فَذَرْهُمْ وَمَا يَفْتَرُوْنَ ﴿١١٢﴾

১১৩। অদুগা অসুম্না ঐখোইনা ওইহনবিখ্রে নবী খুদিংগী য়েক্ক-তিংখং—মী শৈতানশিং অমসুং জিনশিংবু, মখোইগী মরক্তগী খরনা থাজিল্লি অতোপ্পা (গী থম্মোইদা) রং তৈবা রাহৈ-রাতা নমথাক তৌনবগী (মখোইবু)। অদুগা নংগী মপুনা করিগুম্বা নীংলমলবদি, মখোইনা তৌরমলোই অদুম্মক; মরম অদুনা থাদোকও মখোইবু লোয়ননা মখোইনা ওইদবা শাগৎপা অদুগা।

وَلِتَصْغٰٓى اِلَيْهِ اَفْـِٕدَةُ الَّذِيْنَ لَا يُؤْمِنُوْنَ بِالْاٰخِرَةِ وَلِيَرْضَوْهُ وَلِيَقْتَرِفُوْا مَا هُمْ مُّقْتَرِفُوْنَ ﴿١١٣﴾

১১৪। অদুগা আখেরতবু থাজদবা মখোইদুগী থম্মোইশিং ওনশনখিবা য়াই (মখোইনা তৌরিবা) অদুদা, অমসুং মখোইনা ফনা পামজবসু য়াই মদুবু, অমসুং অদুনা মখোইনা তৌথবসু য়াই (ফত্তবা থবকশিং) মখোইনা অসুম তৌরিবদু।

اَفَغَيْرَ اللّٰهِ اَبْتَغِيْ حَكَمًا وَّهُوَ الَّذِيْٓ اَنْزَلَ اِلَيْكُمُ الْكِتٰبَ مُفَصَّلًا وَالَّذِيْنَ اٰتَيْنٰهُمُ الْكِتٰبَ يَعْلَمُوْنَ

১১৫। (নং হায়য়ু ঃ) "করি! ঐনা থিসিরা রায়েল্লাকপা অমা অল্লাহদগী হেন্দোকপা (ঐখোইগী রা লেপ্পিনবগী) মহাকনা থাবিরকখ্রবদা নখোইদা কিতাবসি শুগায়না তাকপিদুনা? অদুগা ঐখোইনা (মমাংঙৈদা) কিতাব পীখ্রবা মীশিংনা খঙই মসি থাবিরকখিবনি নংগী

أَنَّهُ مُنَزَّلٌ مِّن رَّبِّكَ بِالْحَقِّ فَلَا تَكُونَنَّ مِنَ الْمُمْتَرِينَ ١١٤

মপুদগী লোয়ননা অচুম্বগা : মরম অদুনা নং ওইগনু (অমা) চিংনবশিংগী মরক্তা।

وَتَمَّتْ كَلِمَتُ رَبِّكَ صِدْقًا وَعَدْلًا ۚ لَّا مُبَدِّلَ لِكَلِمَٰتِهِۦ ۚ وَهُوَ السَّمِيعُ الْعَلِيمُ ١١٥

১১৬। অদুগা নংগী মপুগী ৱাহৈদু থুংশ্লবনি চপচানা অমসুং অচুম-অরান কায়দনা। কনানসু ঙমদে ওথোক-ওনশিন তৌবা মহাক্কী ৱাহৈশিং; অমসুং মহাক্তি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

وَإِن تُطِعْ أَكْثَرَ مَن فِي الْأَرْضِ يُضِلُّوكَ عَن سَبِيلِ اللَّهِ ۚ إِن يَتَّبِعُونَ إِلَّا الظَّنَّ وَإِنْ هُمْ إِلَّا يَخْرُصُونَ ١١٦

১১৭। অদুগা নংনা হায়বা মইহ্লবদি মালেমথক্তা লৈবা অয়াম্বগী, মখোইনা ফৈরেংনহনবিখ্রগনি নংবু অল্লাহগী লম্বীদগী। মখোই অচুম্বা করিসু চত্তে তৌইগুম্বসুং ভাবনা শাগৎপতনি, অমসুং মখোই করিসু তৌদে মীনম্বা নত্তনা।

إِنَّ رَبَّكَ هُوَ أَعْلَمُ مَن يَضِلُّ عَن سَبِيلِهِۦ ۖ وَهُوَ أَعْلَمُ بِالْمُهْتَدِينَ ١١٧

১১৮। তশেংবমক নংগী মপুনা মুন্না খঙই কনানা ফৈরেংনখিবা মহাক্কী লম্বীদগী; অমসুং মহাকনা মুন্না খঙই লমজিং ইনবশিং।

فَكُلُوا مِمَّا ذُكِرَ اسْمُ اللَّهِ عَلَيْهِ إِن كُنتُم بِآيَٰتِهِۦ مُؤْمِنِينَ ١١٨

১১৯। মরম অদুনা চাও (শদোং হলাল ওইবা শাশিংগী) মদু (জবহ তৌবা মতমদা) অল্লাহগী নাম শোলখ্রবদি, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা থাজবশিং মহাক্কী পাওজেনশিংদা।

وَمَا لَكُمْ أَلَّا تَأْكُلُوا مِمَّا ذُكِرَ اسْمُ اللَّهِ عَلَيْهِ وَقَدْ فَصَّلَ لَكُم مَّا حَرَّمَ عَلَيْكُمْ إِلَّا مَا اضْطُرِرْتُمْ إِلَيْهِ ۗ وَإِنَّ كَثِيرًا لَّيُضِلُّونَ بِأَهْوَائِهِم بِغَيْرِ عِلْمٍ ۗ إِنَّ رَبَّكَ هُوَ أَعْلَمُ بِالْمُعْتَدِينَ ١١٩

১২০। অদুগা করি মরমগী নখোইনা চারোই-দৌরিবা (শা) অদুদা অল্লাহগী নাম শোলখিবগীদমক, মহাকনা তশেংনা তাকপিখ্রবদা নখোইদা মহাকনা থিংবিখ্রবশিং—নত্তনা (থল্লাই হিংনবগী) নখোইনা (চাবা) তঙাইফদবা ওইরকপদু? অদুগা তশেংবমক অয়াম্বা মীনা লম্মুক্কহনবিখ্রে (অনেম্বা জগৎপু) মখোইগী ফত্তবা অপাম্বনা খঙবা ৱাৎপদগী। থাঙ্গৈশেংবমক নংগী মপুনা মুন্না খঙই লমহেনবশিংবু।

وَذَرُوا ظَٰهِرَ الْإِثْمِ وَبَاطِنَهُۥٓ ۚ إِنَّ الَّذِينَ يَكْسِبُونَ الْإِثْمَ سَيُجْزَوْنَ بِمَا كَانُوا يَقْتَرِفُونَ ١٢٠

১২১। অদুগা থাদোকও অফোংবা পাপশিং অমসুং অরোনবশিংসু। তশেংবমক, পাপ তৌব-শিংদো মনা পীবিগনি মখোইনা কমায়জরম্বগী মতুংইন্না।

১২২। অদুগা নখোই চাগনু (শা) অদু (জবহ তৌবা মতমদা) অল্লাহগী নাম শোলখিদ্রবদি, মরমদি মসি তশেংবমক তুক্কচনিঙঙাই শাজৎনি। অদুগা তশেংবমক শৈতানশিংনা থৌজল্লি মখোইগী তিন্নবা মরূপশিংদা নখোইগা খৎন-চৈননবগী; তৌইগুম্বসুং নখোইনা ইল্লবদি মখোইনা হায়বদা, নখোই শোয়দনমক ওইখিনি (অল্লাহগা) শরুক য়ামিন্নবশিং লৈ হায়জনবশিংদু।

وَلَا تَأْكُلُوا مِمَّا لَمْ يُذْكَرِ اسْمُ اللَّهِ عَلَيْهِ وَإِنَّهُ لَفِسْقٌ ۗ وَإِنَّ الشَّيَاطِينَ لَيُوحُونَ إِلَىٰ أَوْلِيَائِهِمْ لِيُجَادِلُوكُمْ ۖ وَإِنْ أَطَعْتُمُوهُمْ إِنَّكُمْ لَمُشْرِكُونَ ﴿١٢٢﴾

১৫ শুবা রুকূ

১২৩। করি! মহাক শিরমলবদগী ঐখোইনা হিংগৎহনবিখ্রবদা মহাকপু অমসুং মহাক্কীদমক থাবিখ্রবদা মঙাল অমা মদুগী মতেংনা মহাকনা চৎখ্রবদা মীশিংগী মরক্তা, মান্নবা য়াত্রা (মী) অমগা, মহাক্কী ফিবমদি শুক্লা মমখ্রবদা লৈদুনা মহাক থোরকপা ঙমখিদ্রে? অসুম্না লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা তৌবশিং ফজবা মতৌ মানহনবিখ্রে মখোইদা।

أَوَمَن كَانَ مَيْتًا فَأَحْيَيْنَاهُ وَجَعَلْنَا لَهُ نُورًا يَمْشِي بِهِ فِي النَّاسِ كَمَن مَّثَلُهُ فِي الظُّلُمَاتِ لَيْسَ بِخَارِجٍ مِّنْهَا ۚ كَذَٰلِكَ زُيِّنَ لِلْكَافِرِينَ مَا كَانُوا يَعْمَلُونَ ﴿١٢٣﴾

১২৪। অদুগা অসুম্না ঐখোইনা শেম্বিখ্রে শহর খুদিংদা লুচিংবশিং মাগী ফত্তবশিংগী মরক্তগী, অদুনা মখোইনা শীল্লি (মখোইগী) শরৌ মদুগী মনুংদা (মখোইগী নবীশিংগী মায়োক্তা) অমসুং মখোইনা শীন্দে শরৌ মশা মাঙহন্নবগী নত্তনা; তৌইগুম্বসুং মখোইনা খঙদে।

وَكَذَٰلِكَ جَعَلْنَا فِي كُلِّ قَرْيَةٍ أَكَابِرَ مُجْرِمِيهَا لِيَمْكُرُوا فِيهَا ۖ وَمَا يَمْكُرُونَ إِلَّا بِأَنفُسِهِمْ وَمَا يَشْعُرُونَ ﴿١٢٤﴾

১২৫। অদুগা পাওজেন অমা লাকলবদি মখোইদা, মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইনা থাজরোই ঐখোইদা (চুমদ্রিংনা) পীদরিবা ফাওবা অল্লাহগী রসুলশিংদা পীখিবগুম্না।" অল্লাহনা নিংথীজনা খঙই করম্না মফমদা থমগদগে হায়বা মহাক্কী পাওজেন। শোয়দনমক, চোপহনবা অল্লাহগী মমাংদা অমসুং শাথীবা রায়েল-চৈরাক খোমজল্লগনি মরাল লৈরবশিংদা মরমদি মখোইনা শরৌ শীনখিবগী।

وَإِذَا جَاءَتْهُمْ آيَةٌ قَالُوا لَن نُّؤْمِنَ حَتَّىٰ نُؤْتَىٰ مِثْلَ مَا أُوتِيَ رُسُلُ اللَّهِ ۘ اللَّهُ أَعْلَمُ حَيْثُ يَجْعَلُ رِسَالَتَهُ ۗ سَيُصِيبُ الَّذِينَ أَجْرَمُوا صَغَارٌ عِندَ اللَّهِ وَعَذَابٌ شَدِيدٌ بِمَا كَانُوا يَمْكُرُونَ ﴿١٢٥﴾

১২৬। মরম অদুনা অল্লাহনা লমজিংবিনীঙবা

فَمَن يُرِدِ اللَّهُ أَن يَهْدِيَهُ يَشْرَحْ صَدْرَهُ لِلْإِسْلَامِ ۖ

কনাগুম্ববু, মহাকনা পাকথোকহল্লি মাগী থবাক ইসলাম (চঙহন্নব) গী; তৌইগুম্বসুং মহাকনা লম্মুক্কুহন্নীংবা কনাগুম্ববু, মহাকনা খুজিনহল্লি অমসুং থিংজিনহল্লি মহাক্কী মথবাক, মহাকনা কোরৌ নোংমদোল কাখৎপগুম্মা। অসুম্মা অল্লাহনা পীশল্লি চৈরাক অচুম্বা থাজদবশিংদু।

وَمَن يُرِدْ أَن يُضِلَّهُۥ يَجْعَلْ صَدْرَهُۥ ضَيِّقًا حَرَجًا كَأَنَّمَا يَصَّعَّدُ فِى ٱلسَّمَآءِ ۚ كَذَٰلِكَ يَجْعَلُ ٱللَّهُ ٱلرِّجْسَ عَلَى ٱلَّذِينَ لَا يُؤْمِنُونَ ﴿١٢٥﴾

১২৭। অদুগা মসি লম্বীনি নংগী মপুগী, চুমদ্রিং য়ৌবা (মহাক্কী মায়কৈদা)। তশেংবমক ঐখোইনা শন্দোক্লা তাকপিখ্রে রাপাওশিং অদুগুম্বা মীওই-শিংগী মখোইনা মপুকনিং চঙশনবা (অচুম্বদা)।

وَهَٰذَا صِرَٰطُ رَبِّكَ مُسْتَقِيمًا ۗ قَدْ فَصَّلْنَا ٱلْءَايَٰتِ لِقَوْمٍ يَذَّكَّرُونَ ﴿١٢٦﴾

১২৮। মখোইগীদমক্তা (তৈয়ার তৌবিখ্রে) অঙৈংবগী য়ুম অমা মখোইগী মপুগী মনাক্তা, অমসুং মহাক্তি মখোইগী (ঙাকপিবা) মরূপনি মরমদি মখোইনা (অফবা থবকশিং) ইতৎ-তত্তনা তৌরম্মী।

لَهُمْ دَارُ ٱلسَّلَٰمِ عِندَ رَبِّهِمْ ۖ وَهُوَ وَلِيُّهُم بِمَا كَانُوا۟ يَعْمَلُونَ ﴿١٢٧﴾

১২৯। অদুগা কোরৌ নোংজা অমদা মহাকনা পুল্লপ্লা খোমজনবিগনি মখোই পুম্নমকপু (অমসুং হায়বিগনি ঃ) "হে জিনশিংগী কাঙলুপ! নখোইনা লম লান্না চিংবিখ্রে মশিং য়াম্না মীশিংগী মরক্তুগী।" অদুদা মী মরক্তুগী মখোইগী তিম্নবশিংনা হায়গনি ঃ "ঐখোইগী মপুও! ঐখোইনা কান্নবা ফংখ্রে অমনা অমদগী, তৌইগুম্বসুং (হৌজিক্তি) ঐখোই য়ৌখ্রে ঐখোইগী মতম নহাকনা লেপখিবদু ঐখোইগীদমক।" মহাকনা হায়বিগনি ঃ "খাম্বি মৈকোমদু নখোইগী য়াতুংফমনি, মদুগী মনুংদা নখোই লৈরগনি, অল্লাহনা চানবিরকপা নত্তনা।" তশেংবমক নংগী মপুদি খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি, পুংখঙ-খঙবনি।

وَيَوْمَ يَحْشُرُهُمْ جَمِيعًا يَٰمَعْشَرَ ٱلْجِنِّ قَدِ ٱسْتَكْثَرْتُم مِّنَ ٱلْإِنسِ ۖ وَقَالَ أَوْلِيَآؤُهُم مِّنَ ٱلْإِنسِ رَبَّنَا ٱسْتَمْتَعَ بَعْضُنَا بِبَعْضٍ وَبَلَغْنَآ أَجَلَنَا ٱلَّذِىٓ أَجَّلْتَ لَنَا ۚ قَالَ ٱلنَّارُ مَثْوَىٰكُمْ خَٰلِدِينَ فِيهَآ إِلَّا مَا شَآءَ ٱللَّهُ ۗ إِنَّ رَبَّكَ حَكِيمٌ عَلِيمٌ ﴿١٢٨﴾

১৩০। অদুগা অসুম্মা ঐখোইনা তিম্নহনবি অরানবা লম্বীনবশিং অমগা অমগা মখোই (মশেল য়ানদুনা) কমায় তৌরম্বগী।

وَكَذَٰلِكَ نُوَلِّى بَعْضَ ٱلظَّٰلِمِينَ بَعْضًۢا بِمَا كَانُوا۟ يَكْسِبُونَ ﴿١٢٩﴾ ع

## ১৬ শুবা রুকূ

১৩১। হে জিনশিং অমসুং মীশিংগী কাঙলুপ!

يَٰمَعْشَرَ ٱلْجِنِّ وَٱلْإِنسِ أَلَمْ يَأْتِكُمْ رُسُلٌ مِّنكُمْ

লাকখিদব্রা নখোইদা রসুলশিং নখোইগী মরক্তগী, থীর-থীরদুনা ঐগী পাওজেনশিং অমসুং চেকশিন্নবা হায়বিদুনা নখোইবু থেংনগদৌরি ঙসি নখোইগী কোরৌ নোংজাসি ? মখোইনা হায়গনি ঃ "ঐখোইনা সাক্ষী পীজরি ঐখোই ইশামক্কী মায়োক্তা।" অদুগা তাইবঙ পুন্সিনা নমথাক তৌবিখ্রে মখোইবু ; অমসুং মখোইনা সাক্ষী পীগনি মখোই মশামক্কী মায়োক্তা মদুদি মখোই ওইরম্মী লমথৈ-খোঙফম্মবশিং।

يَقُصُّونَ عَلَيْكُمْ اٰيٰتِيْ وَيُنْذِرُوْنَكُمْ لِقَآءَ يَوْمِكُمْ هٰذَا ؕ قَالُوْا شَهِدْنَا عَلٰٓى اَنْفُسِنَا وَغَرَّتْهُمُ الْحَيٰوةُ الدُّنْيَا وَشَهِدُوْا عَلٰٓى اَنْفُسِهِمْ اَنَّهُمْ كَانُوْا كٰفِرِيْنَ ﴿١٣١﴾

১৩২। মরম অসিনা নংগী মপুনা (কদৌনুংদসু) মাঙহনবিরোই শহরশিংবু চুমদনা মখোইগী মীশিংবু হান্ননা রারকপিদনা।

ذٰلِكَ اَنْ لَّمْ يَكُنْ رَّبُّكَ مُهْلِكَ الْقُرٰى بِظُلْمٍ وَّاَهْلُهَا غٰفِلُوْنَ ﴿١٣٢﴾

১৩৩। অদুগা (মী) পুম্নমক্কী থাক (নত্তগা চাং) লৈ মখোইগী তৌজ মতিকমলগী, অমসুং নংগী মপুনা পুকনিং চঙদবা নত্তে মখোইনা তৌরিবদু।

وَلِكُلٍّ دَرَجٰتٌ مِّمَّا عَمِلُوْا ؕ وَمَا رَبُّكَ بِغَافِلٍ عَمَّا يَعْمَلُوْنَ ﴿١٣٣﴾

১৩৪। অদুগা নংগী মপুদি মনীংতম্বনি, ঙাকপিহৈবগী মপুনি। মহাকনা পামলবদি, মহাকনা লৌথোকপিখিবা য়াই নখোইবু অমসুং মহাকনা অপাম্বা অমবু মহুৎশীনবা ওইহনবিখিবসু য়াই নখোইগী মতুংদা, মহাকনা থোকহনবিখিবগুম নখোইবু অতোপ্পা জাতি অমগী মচা-মশুশিংদগী।

وَرَبُّكَ الْغَنِيُّ ذُو الرَّحْمَةِ ؕ اِنْ يَّشَاْ يُذْهِبْكُمْ وَيَسْتَخْلِفْ مِنْۢ بَعْدِكُمْ مَّا يَشَآءُ كَمَآ اَنْشَاَكُمْ مِّنْ ذُرِّيَّةِ قَوْمٍ اٰخَرِيْنَ ﴿١٣٤﴾

১৩৫। তশেংবমক নখোইদা ৱাশকপিখিবা (ৱায়েল-চৈরাক) অদু লাকখিগনি অমসুং নখোইনা ঙমলোই য়ৈখাইবা মদু।

اِنَّ مَا تُوْعَدُوْنَ لَاٰتٍ ۙ وَّمَآ اَنْتُمْ بِمُعْجِزِيْنَ ﴿١٣٥﴾

১৩৬। হায়য়ু ঃ "হে ঐগী কাঙলুপ! নখোইনা হেক ঙম্বমখৈ তৌ, ঐসু তৌরি (ঐগী তৌকম থোকপা)। নখোই থুনা ঙলক্কনি কনাগী ওইবা অরোয়বা মনা আখেরতকী য়ুমদু।" তশেংবমক অরানবা লম্বীনবশিংদি মমায় পাকলোই।

قُلْ يٰقَوْمِ اعْمَلُوْا عَلٰى مَكَانَتِكُمْ اِنِّيْ عَامِلٌ ۚ فَسَوْفَ تَعْلَمُوْنَ ۙ مَنْ تَكُوْنُ لَهٗ عَاقِبَةُ الدَّارِ ؕ اِنَّهٗ لَا يُفْلِحُ الظّٰلِمُوْنَ ﴿١٣٦﴾

১৩৭। অদুগা মখোইনা তম্মি অল্লাহদা শরুক অমা মহাকনা শেমখিবা মহৈ-মরোংশিং অমসুং

وَجَعَلُوْا لِلّٰهِ مِمَّا ذَرَاَ مِنَ الْحَرْثِ وَالْاَنْعَامِ نَصِيْبًا

فَقَالُوا هٰذَا لِلّٰهِ بِزَعْمِهِمْ وَ هٰذَا لِشُرَكَآئِنَا ۚ فَمَا كَانَ لِشُرَكَآئِهِمْ فَلَا يَصِلُ اِلَى اللّٰهِ ۚ وَ مَا كَانَ لِلّٰهِ فَهُوَ يَصِلُ اِلٰى شُرَكَآئِهِمْ ۗ سَآءَ مَا يَحْكُمُوْنَ ﴿١٣٧﴾

যুমশাশিংদগী, অমসুং মখোইনা হায়ঃ "মসি অল্লাহগীনি," মখোইগী ৱাখলগী মতুংইন্না, "অমসুং মসিনা ঐখোইগী লাইশিংগীনি।" তৌই-গুম্বসুং মখোইগী লাইশিংগী (তমখিবা শরুক) অদু থুংদে অল্লাহদা, অমসুং অল্লাহগী (তমখিবা শরুক) অদুদি থুংই মখোইগী লাইশিংদা। (কয়াদা) ফত্তনা মখোইনা ৱা লেপলিবা!

وَكَذٰلِكَ زَيَّنَ لِكَثِيْرٍ مِّنَ الْمُشْرِكِيْنَ قَتْلَ اَوْلَادِهِمْ شُرَكَآؤُهُمْ لِيُرْدُوْهُمْ وَلِيَلْبِسُوْا عَلَيْهِمْ دِيْنَهُمْ ۚ وَلَوْ شَآءَ اللّٰهُ مَا فَعَلُوْهُ فَذَرْهُمْ وَمَا يَفْتَرُوْنَ ﴿١٣٨﴾

১৩৮। অদুগা অসুম্না মখোইগী তিন্নবা-লাইশিংনা ফজবা মতৌ মানহনবিখ্রে অয়াম্বা মূর্তি ঈরাৎপশিংদা মখোইগী মচাশিং হাৎপা, অদুনা (তিন্নবা-লাইশিং) মখোইনা মাঙহন্নবা মখোইবু অমসুং থোকহন্নবা চনৈনবা মখোইগী ধর্ম্মদা। অদুগা অল্লাহনা করিগুম্বা নীংলমলবদি, মখোইনা তৌরমলোই মদুম্না; মরম অদুনা থাদোকও মখোইবু লোয়ননা মখোইনা চুমদনা শাজনবা অদুগা।

وَقَالُوْا هٰذِهٖٓ اَنْعَامٌ وَّحَرْثٌ حِجْرٌ ۖ لَّا يَطْعَمُهَآ اِلَّا مَنْ نَّشَآءُ بِزَعْمِهِمْ وَاَنْعَامٌ حُرِّمَتْ ظُهُوْرُهَا وَاَنْعَامٌ لَّا يَذْكُرُوْنَ اسْمَ اللّٰهِ عَلَيْهَا افْتِرَآءً عَلَيْهِ ۚ سَيَجْزِيْهِمْ بِمَا كَانُوْا يَفْتَرُوْنَ ﴿١٣٩﴾

১৩৯। অদুগা মখোইনা হায়ঃ অসি-অসিগুম্বা যুমশাশিং অমসুং মহে-মরোংশিং (চাহৈদে হায়না) থিংখ্রবনি। কনানসু চারোইদবনি মখোইদু ঐখোইনা (চাবা য়াগনি) হায়বা (মীশিং) নত্তনা"—মখোইগী ৱাখলনা শাগৎপা মতুংইন্না—যুমশা খরা লৈ মখোইগী মনঙ্গলশিং (শীজন্নবা) 'হৱামনি', অমসুং যুমশা খরা (হাৎপা মতমদা) মখোইনা শোলদে অল্লাহগী নাম, মীনম্বা হায়জিন্দুনা অল্লাহগী মথক্তা। মহাকনা লমল খুম্বিগনি মখোইবু মখোইনা ওইদবা শাগৎপগী।

وَقَالُوْا مَا فِيْ بُطُوْنِ هٰذِهِ الْاَنْعَامِ خَالِصَةٌ لِّذُكُوْرِنَا وَمُحَرَّمٌ عَلٰٓى اَزْوَاجِنَا ۚ وَاِنْ يَّكُنْ مَّيْتَةً فَهُمْ فِيْهِ

১৪০। অদুগা (অসিদগীসু হেন্না) মখোইনা হায়ঃ "অসি-অসিগুম্বা যুমশাশিংগী গর্ভনুংদা লৈবদু ঐখোইগী নিপাশিংগী (চিঞ্জাক) নি অমসুং 'হৱামনি' ঐখোইগী নুপীশিংদা; তৌইগুম্বসুং অশিবা মচা পোকলবদি, মখোই পুম্না শরুক য়ামিন্নে মদুগী।" অল্লাহনা মনা পীবিগনি মখোইবু মখোইনা হায়জিনবগী (য়াথংসি মহাক্কীনি)।

তশেংবমক মহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না শিংবনি, পুংখঙ-খঙবনি।

شُرَكَآءُ ۚ سَيَجْزِيهِمْ وَصْفَهُمْ ۚ إِنَّهُۥ حَكِيمٌ عَلِيمٌ ﴿١٣٩﴾

১৪১। থাঙ্গৈশেংবমক মাঙজরবনি মখোইদো—মখোইনা হাৎলি মখোইগী মচাশিং অপঙ ঙাইওইনদুনা জ্ঞান রাৎপদগী, অমসুং 'হরাম' তৌবগী (হলাল চিঞ্জাক) অল্লাহনা পীখিবদু মখোইদা, মীনম্বা হায়জিন্দুনা অল্লাহদা। তশেংবমক লম্পুক্নরবনি মখোই অমসুং ফংদ্রবনি অচুম্বা লমজিং।

قَدْ خَسِرَ ٱلَّذِينَ قَتَلُوٓا۟ أَوْلَٰدَهُمْ سَفَهًۢا بِغَيْرِ عِلْمٍ وَحَرَّمُوا۟ مَا رَزَقَهُمُ ٱللَّهُ ٱفْتِرَآءً عَلَى ٱللَّهِ ۚ قَدْ ضَلُّوا۟ وَمَا كَانُوا۟ مُهْتَدِينَ ﴿١٤٠﴾

১৭ শুবা রুকূ

১৪২। অদুগা (অল্লাহ) মহাকননি থোকহন-বিখিবা হৈকোনশিং (অঙ্গুরগী), শাগায়না ঙাকখৎপা নত্রগা শাগায়না ঙাকখত্তবা, খজুর পাম্বীশিং অমসুং লৌবুকশিং মখল-মখলগী উহৈশিং থোকপা—চোরফোন অমসুং কাফোই, মওং মান্নবশিং অমসুং (মখল) মান্নদবশিং। চাও মদুগী মহৈ মখোইনা মহৈ য়াল্লবা মতমদা অমসুং পীথোকও মহাক্কী পীফম থোকপদু মহৈ লোকপা নুমিত্তা (নখোইনা তৌবিমল খঙবা উৎপগী), অমসুং কা হেনবদি তৌগনু। তশেংবমক মহাকনা নুংশিবিদে কা হেনবশিংবু।

وَهُوَ ٱلَّذِىٓ أَنشَأَ جَنَّٰتٍ مَّعْرُوشَٰتٍ وَغَيْرَ مَعْرُوشَٰتٍ وَٱلنَّخْلَ وَٱلزَّرْعَ مُخْتَلِفًا أُكُلُهُۥ وَٱلزَّيْتُونَ وَٱلرُّمَّانَ مُتَشَٰبِهًا وَغَيْرَ مُتَشَٰبِهٍ ۚ كُلُوا۟ مِن ثَمَرِهِۦٓ إِذَآ أَثْمَرَ وَءَاتُوا۟ حَقَّهُۥ يَوْمَ حَصَادِهِۦ ۖ وَلَا تُسْرِفُوٓا۟ ۚ إِنَّهُۥ لَا يُحِبُّ ٱلْمُسْرِفِينَ ﴿١٤١﴾

১৪৩। অদুগা য়ুমশাশিংগী মরক্তগী (মহাকনা শেমখি) খরবুনা পোৎলুম পুনবগী, অমসুং খরবুনা হাৎনবগী। চাও অল্লাহনা পীখিবশিংদু নখোইদা অমসুং ইনগনু খোঙ্গুল শৈতানগী। তশেংবমক মহাক্তি নখোইদা অফোংবা য়েক্লবনি।

وَمِنَ ٱلْأَنْعَٰمِ حَمُولَةً وَفَرْشًا ۚ كُلُوا۟ مِمَّا رَزَقَكُمُ ٱللَّهُ وَلَا تَتَّبِعُوا۟ خُطُوَٰتِ ٱلشَّيْطَٰنِ ۚ إِنَّهُۥ لَكُمْ عَدُوٌّ مُّبِينٌ ﴿١٤٢﴾

১৪৪। (অদুগা মহাকনা শেমখি য়ুমশা মশিং) নিপান—জোরা থোক্না (লাবা অমসুং অমোমগী) ঃ য়াওগী অনি অমসুং হামেংগী অনি। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "লাবা অনিদুবুরা মহাকনা থিংখিবদু নত্রগা অমোম অনিদুবুরা নত্রগা অমোম অনিগী গর্ভনুংদা লৈবা অদুবুরা ? হায়য়ু ঐঙোন্দা দলিলগা লোয়ননা, নখোইনা অচুম্বা ওইরবদি।"

ثَمَٰنِيَةَ أَزْوَٰجٍ ۖ مِّنَ ٱلضَّأْنِ ٱثْنَيْنِ وَمِنَ ٱلْمَعْزِ ٱثْنَيْنِ ۗ قُلْ ءَآلذَّكَرَيْنِ حَرَّمَ أَمِ ٱلْأُنثَيَيْنِ أَمَّا ٱشْتَمَلَتْ عَلَيْهِ أَرْحَامُ ٱلْأُنثَيَيْنِ ۖ نَبِّـُٔونِى بِعِلْمٍ إِن كُنتُمْ صَٰدِقِينَ ﴿١٤٣﴾

১৪৫। অদুগা উটকী অনি অমসুং যণগী অনি। হায়য়ু, (মখোইদা) ঃ "লাবা অনিদুবুরা মহাকনা থিংখিবদু নত্ত্রগা অমোম অনিদুবুরা নত্ত্রগা অমোম অনিগী গর্ভনুংদা লৈবা অদুবুরা? নখোই হাজির ওইখিব্রা অল্লাহনা ময়াথংসি পীখিবদা নখোইদা?" কনানো মঙোন্দগী হেন্না চুমদবা মহাকনা থৈজিল্লি মীনম্বা অল্লাহদা অদুনা মহাকনা লম্মুক্কহন্নবা মীশিংবু জ্ঞান করিসু লৈতনা। তশেংবমক অল্লাহনা লমজিংবিদে অরানবা লম্বীনবশিংবু।

وَمِنَ الْإِبِلِ اثْنَيْنِ وَمِنَ الْبَقَرِ اثْنَيْنِ ۗ قُلْ آلذَّكَرَيْنِ حَرَّمَ أَمِ الْأُنثَيَيْنِ أَمَّا اشْتَمَلَتْ عَلَيْهِ أَرْحَامُ الْأُنثَيَيْنِ ۖ أَمْ كُنتُمْ شُهَدَاءَ إِذْ وَصَّاكُمُ اللَّهُ بِهَٰذَا ۚ فَمَنْ أَظْلَمُ مِمَّنِ افْتَرَىٰ عَلَى اللَّهِ كَذِبًا لِّيُضِلَّ النَّاسَ بِغَيْرِ عِلْمٍ ۗ إِنَّ اللَّهَ لَا يَهْدِي الْقَوْمَ الظَّالِمِينَ ۝

১৮ শুবা রুকূ

১৪৬। হায়য়ু ঃ "ঐনা ফংদে ঐঙোন্দা ফোংদোকপিখিবদগী 'হরাম' ওইবা অমতা অচাবা অমনা (চানীংদুনা চারুবদা, মথন মশানা শিজবা নত্তবা অমদি (লেনবদগী) ঈ থোরকপদু নত্তবা অমদি ওকশা নত্তবা,—মরমদি (মখল অহুম্মকদু চাবা) অমাংবনি নত্ত্রগা ধর্ম্ম থুগায়বনি, অল্লাহ নত্তবা অতৈম (গী মমিং) শোলদুনা হাৎখিবদু। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা দরকার ওইরবদি হায়বা ইন্দবগী নত্তবা নত্ত্রগা কা হেনবদগী নত্তবা, মতাং অদুদা নংগী মপুদি তশেংবমক য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

قُل لَّا أَجِدُ فِي مَا أُوحِيَ إِلَيَّ مُحَرَّمًا عَلَىٰ طَاعِمٍ يَطْعَمُهُ إِلَّا أَن يَكُونَ مَيْتَةً أَوْ دَمًا مَّسْفُوحًا أَوْ لَحْمَ خِنزِيرٍ فَإِنَّهُ رِجْسٌ أَوْ فِسْقًا أُهِلَّ لِغَيْرِ اللَّهِ بِهِ ۚ فَمَنِ اضْطُرَّ غَيْرَ بَاغٍ وَلَا عَادٍ فَإِنَّ رَبَّكَ غَفُورٌ رَّحِيمٌ ۝

১৪৭। অদুগা য়হুদীশিংদা ঐখোইনা থিংবিখি খুজিন খায়দোক্তবা শা পুম্নমক; অমসুং যণ অমসুং য়াও (নত্ত্রগা হামেং) গী ঐখোইনা থিংবিখি মখোইদা মখোইগী মহাউ নত্তনা নমলি শা নত্ত্রগা থীবোং থীরিন নত্ত্রগা শরূদা পকপা মতোং। মসি দণ্ডিনি ঐখোইনা পীখিবা মখোইদা, মখোইনা হায়বা ইনখিদবগী; অমসুং ঐখোই তশেংনমক অচুম্বনি।

وَعَلَى الَّذِينَ هَادُوا حَرَّمْنَا كُلَّ ذِي ظُفُرٍ ۖ وَمِنَ الْبَقَرِ وَالْغَنَمِ حَرَّمْنَا عَلَيْهِمْ شُحُومَهُمَا إِلَّا مَا حَمَلَتْ ظُهُورُهُمَا أَوِ الْحَوَايَا أَوْ مَا اخْتَلَطَ بِعَظْمٍ ۚ ذَٰلِكَ جَزَيْنَاهُم بِبَغْيِهِمْ ۖ وَإِنَّا لَصَادِقُونَ ۝

১৪৮। তৌইগুম্বসুং মখোইনা মীনম্বা রা শীজল্লব,দি নংঙোন্দা, হায়য়ু ঃ "নখোইগী মপুদি থোইদোক হেনেদোক্না ঙাকপি-কনবিবগী মপুনি;

فَإِن كَذَّبُوكَ فَقُل رَّبُّكُمْ ذُو رَحْمَةٍ وَاسِعَةٍ وَلَا

অমসুং মহাক্কী রায়েল-চৈরাক্তি (কদৌনুংদসু) থৈদোকপা য়ারোই মরাল লৈরবা মীশিংদগী।"

يُرَدُّ بَأْسُهُ عَنِ الْقَوْمِ الْمُجْرِمِينَ ﴿١٤٧﴾

১৪৯। লাইয়াম ঈরাৎপশিংনা হায়গনি ঃ "অল্লাহনা করিগুম্বা চানবিরমলবদি, ঐখোইনা শেমলম্মোই কনামতবু (মহাক্কী তিন্নবা ওইনা), নত্তুগা তৌরমলোই (মদু) ঐখোইগী ইপা ইপুশিংনা নত্তুগা ঐখোইনা থিংলমলোই (ইশামক্তা) করিগুম্বা পোৎ অমতা।" অসুম্না মখোইগী মমাংদা লৈরম্বা (অহল্লোন) শিংনসু চুমদনা ঙাঙ-শকখি মখোইনা মহাউ তংদরিবা ফাওবা ঐখোইগী অশাউবা। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "নখোইনা করিগুম্বা খঙবা লৈব্রা (লাইয়াম ঈরাৎপা য়াবগী) ? অদু ওইরবদি, পুথোরকও মদু ঐখোইদা (য়েংগে)। নখোই অসুম ভাবনা শাবনি অমসুং নখোই রাপৈ হায়বনি।"

سَيَقُولُ الَّذِينَ أَشْرَكُوا لَوْ شَاءَ اللَّهُ مَا أَشْرَكْنَا وَلَا آبَاؤُنَا وَلَا حَرَّمْنَا مِنْ شَيْءٍ ۚ كَذَٰلِكَ كَذَّبَ الَّذِينَ مِنْ قَبْلِهِمْ حَتَّىٰ ذَاقُوا بَأْسَنَا ۗ قُلْ هَلْ عِنْدَكُمْ مِنْ عِلْمٍ فَتُخْرِجُوهُ لَنَا ۖ إِنْ تَتَّبِعُونَ إِلَّا الظَّنَّ وَإِنْ أَنْتُمْ إِلَّا تَخْرُصُونَ ﴿١٤٨﴾

১৫০। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "অল্লাহগীনি রারোইরিবা মরৈদি; মরম অদুনা মহাকনা করিগুম্বা নীংলমলবদি, মহাকনা শোয়দনমক লমজিংবিরমগনি নখোই পুম্নমকবু।"

قُلْ فَلِلَّهِ الْحُجَّةُ الْبَالِغَةُ ۖ فَلَوْ شَاءَ لَهَدَاكُمْ أَجْمَعِينَ ﴿١٤٩﴾

১৫১। হায়য়ুঃ (মখোইদা)ঃ "পুথোরকও নখোইগী সাক্ষীশিং মখোইনা সাক্ষী পীদুনা প্রমাণ তৌবা ঙমগদবা অল্লাহনা থিংবিখ্রে মসি (চাহৈদে হায়না)।" মখোইনা পুথোরকলবদি সাক্ষী, নং পুথোকমিন্নগনু সাক্ষী মখোইগা লোয়ননা, নত্তুগা নং তুংইনগনু ফত্তবা অপাম্বশিং মখোইগী মখোইদুনা চুমদনা হায়জিল্লি ঐখোইগী পাওজেনশিংবু অমসুং মখোইদুনা থাজদে 'আখেরতবু, অমসুং মখোইনা লিংখৎলি মমান্নবশিং মখোইগী মপুদা।

قُلْ هَلُمَّ شُهَدَاءَكُمُ الَّذِينَ يَشْهَدُونَ أَنَّ اللَّهَ حَرَّمَ هَٰذَا ۖ فَإِنْ شَهِدُوا فَلَا تَشْهَدْ مَعَهُمْ ۚ وَلَا تَتَّبِعْ أَهْوَاءَ الَّذِينَ كَذَّبُوا بِآيَاتِنَا وَالَّذِينَ لَا يُؤْمِنُونَ بِالْآخِرَةِ وَهُمْ بِرَبِّهِمْ يَعْدِلُونَ ﴿١٥٠﴾

১৯ শুবা রুকূ

১৫২। হায়য়ুঃ "লাকও (ঐগী ইনাক্তা) ঐ খীথবিগে নখোইগী মপুনা থিংখিবশিং নখোইদা (তৌহৈদবনি হায়না)ঃ মদুদি (১ নবদা) নখোই

قُلْ تَعَالَوْا أَتْلُ مَا حَرَّمَ رَبُّكُمْ عَلَيْكُمْ أَلَّا تُشْرِكُوا

بِهٖ شَيْـًٔا وَّ بِالْوَالِدَيْنِ اِحْسَانًا ۚ وَلَا تَقْتُلُوْٓا اَوْلَادَكُمْ مِّنْ اِمْلَاقٍ ؕ نَحْنُ نَرْزُقُكُمْ وَاِيَّاهُمْ ۚ وَلَا تَقْرَبُوا الْفَوَاحِشَ مَا ظَهَرَ مِنْهَا وَمَا بَطَنَ ۚ وَلَا تَقْتُلُوا النَّفْسَ الَّتِيْ حَرَّمَ اللّٰهُ اِلَّا بِالْحَقِّ ؕ ذٰلِكُمْ وَصّٰىكُمْ بِهٖ لَعَلَّكُمْ تَعْقِلُوْنَ ﴿١٥١﴾

শেমগনু কনামতবু মহাক্কী সঙ্গী ওইনা, অমসুং (২ শুবদা) নখোই অফবা তৌ নপা-নমাদা, অমসুং (৩ শুবদা) হাৎকনু নচাশিং লাইর-তানগনি হায়না (অকিবা শরুক্লদুনা), ঐখোইনা পীবি চিঞ্জাক নখোইগী অমসুং মখোইগীসু ; অমসুং (৪ শুবদা) নখোই নকশিল্পুগনু মনাক (ফাওবা) ঈকাই খঙদবা থবকশিংগী, ফোংনা ওইরবসু নত্তগা লোন্না ওইরবসু ; অমসুং (৫ শুবদা) নখোই হাৎকনু থরাই অমতা মদু অল্লাহনা থিংখ্রবনি নখোইবু, অচুম্বগী মরমগীদমক নত্তনা। মসি মহাকনা য়াথংনবিরবনি নখোইদা, অদুনা নখোইনা খঙনবা।

وَلَا تَقْرَبُوْا مَالَ الْيَتِيْمِ اِلَّا بِالَّتِيْ هِيَ اَحْسَنُ حَتّٰى يَبْلُغَ اَشُدَّهٗ ۚ وَاَوْفُوا الْكَيْلَ وَالْمِيْزَانَ بِالْقِسْطِ ۚ لَا نُكَلِّفُ نَفْسًا اِلَّا وُسْعَهَا ۚ وَاِذَا قُلْتُمْ فَاعْدِلُوْا وَلَوْ كَانَ ذَا قُرْبٰى ۚ وَبِعَهْدِ اللّٰهِ اَوْفُوْا ؕ ذٰلِكُمْ وَصّٰىكُمْ بِهٖ لَعَلَّكُمْ تَذَكَّرُوْنَ ﴿١٥٢﴾

১৫৩। "অদুগা (৬ শুবদা) খুৎ থিংজনগনু পীতৎ-পাতৎপা মচাগী মালদা, নত্তনা ফগৎহন্নবগী, মহাকনা মীওই শুদরিবা ফাবা ; অমসুং (৭ শুবদা) নাপ তৌবা অমসুং খল ওনবদা চুম্না তৌ। ঐখোইনা থোনগৎপিদে নম্বো থরাই কনামতদা নত্তনা মানা পুবা ঙমলোইদবা। অদুগা (৮ শুবদা) নখোইনা (করিগুম্বা অমা) হায়বদা, অচুম্বা ঙাঙু, মরী-মতা থোক্নরবা ফাওবদা ; অমসুং (৯ শুবদা) পুরা তৌ রাশক তৌখিবা অল্লাহদা।" মসি মহাকনা য়াথংনবিরিবনি নখোইদা অদুনা নখোইনা নীংশিঙজনবা।

وَاَنَّ هٰذَا صِرَاطِيْ مُسْتَقِيْمًا فَاتَّبِعُوْهُ ۚ وَلَا تَتَّبِعُوا السُّبُلَ فَتَفَرَّقَ بِكُمْ عَنْ سَبِيْلِهٖ ؕ ذٰلِكُمْ وَصّٰىكُمْ بِهٖ لَعَلَّكُمْ تَتَّقُوْنَ ﴿١٥٣﴾

১৫৪। "অমসুং (১০ শুবদা খঙ্ঙু ঃ) মসি ঐগী অচুম্বা লম্বীনি, মরম অদুনা লম্বীনৌ মসি ; অমসুং খোঙফম্নগনু (অতৈ) লম্বীশিং, করিননো হায়রবু মখোইনা শেরান্ননা পুবিখিগনি নখোইবু মহাক্কী লম্বীদগী।" মসি মহাকনা য়াথংনবিরবনি নখোইদা অদুনা নখোই ঙাকচনবা নশাবু (ফত্তরম লম্বীনবদগী)

ثُمَّ اٰتَيْنَا مُوْسَى الْكِتٰبَ تَمَامًا عَلَى الَّذِيْٓ اَحْسَنَ وَتَفْصِيْلًا لِّكُلِّ شَيْءٍ وَّهُدًى وَّرَحْمَةً لَّعَلَّهُمْ بِلِقَآءِ

১৫৫। অমুকহন্না (তাও), ঐখোইনা পীখি মুসাদা কিতাবদু মপুং ফাহন্নবগী ঐখোইগী থৌজাল অফবা লম্বীনবা মহাক্কীদমক, অমসুং শন্দোক্না তাকপনি (দরকার ওইবা) পোৎশিং, অমসুং

رَبِّهِمْ يُؤْمِنُوْنَ ﴿١٥٤﴾ ع ١٩ ٦

লমজিংনি অমসুং ঙাকপিবনি—অদুনা মখোইনা থাজনবা উনগনি হায়বসি মখোইগী মপুগা।

২০ শুবা রুকূ

وَهٰذَا كِتٰبٌ اَنْزَلْنٰهُ مُبٰرَكٌ فَاتَّبِعُوْهُ وَاتَّقُوْا لَعَلَّكُمْ تُرْحَمُوْنَ ﴿١٥٥﴾

১৫৬। **অদুগা মসি কিতাবনি ঐখোইনা থাবিখিবনি ঃ য়াইফখোলনা পিক থকবনি। মরম অসিনা তুংইল্লু মসিগী অমসুং ঙাকও ফত্তবশিংদগী অদুনা নখোইবু থৌজালবিনবা।**

اَنْ تَقُوْلُوْٓا اِنَّمَآ اُنْزِلَ الْكِتٰبُ عَلٰى طَآئِفَتَيْنِ مِنْ قَبْلِنَا ۪ وَاِنْ كُنَّا عَنْ دِرَاسَتِهِمْ لَغٰفِلِيْنَ ﴿١٥٦﴾

১৫৭। নত্তবদি নখোইনা হায়গনি ঃ "কিতাবদি থাবিখিবনি কাঙলুপ অনিতদা ঐখোইগী মমাংদা অমসুং ঐখোই তশেংনমক লৈরকলি ইখঙ-খঙদনা মখোইনা (কিতাব) তম্বা (অমসুং তম্বিবদু)।

اَوْ تَقُوْلُوْا لَوْ اَنَّآ اُنْزِلَ عَلَيْنَا الْكِتٰبُ لَكُنَّآ اَهْدٰى مِنْهُمْ ۚ فَقَدْ جَآءَكُمْ بَيِّنَةٌ مِّنْ رَّبِّكُمْ وَهُدًى وَّرَحْمَةٌ ۚ فَمَنْ اَظْلَمُ مِمَّنْ كَذَّبَ بِاٰيٰتِ اللّٰهِ وَصَدَفَ عَنْهَا ۭ سَنَجْزِي الَّذِيْنَ يَصْدِفُوْنَ عَنْ اٰيٰتِنَا سُوْٓءَ الْعَذَابِ بِمَا كَانُوْا يَصْدِفُوْنَ ﴿١٥٧﴾

১৫৮। নত্তগা নখোইনা হায়গনি ঃ "ঐখোইদা থাবিরমলবদি কিতাব অদু, ঐখোই শোয়দনমক ফংলমগনি লমজিং মখোইদগী হেনগৎনা।" মরম অদুনা থাঙ্গৈমকশেংনা লাকখ্রবনি নখোইদা তশেংবা দলিল নখোইগী মপুদগী, অমসুং (মসি) লমজিংনি অমসুং ঙাকপিবনি। কনানো মঙোন্দগী হেন্না চুমদবা মহাকনা য়াদে অল্লাহগী পাওজেনশিং অমসুং মমায় ওথোকই মখোইদগী? ঐখোইনা চৈরাক পীবিগনি মমায় ওথোকপশিংদো ঐখোইগী পাওজেনশিংদগী ফত্তবা চৈরাক থাবিদুনা মখোইনা মমায় ওথোকখিবগী

هَلْ يَنْظُرُوْنَ اِلَّآ اَنْ تَاْتِيَهُمُ الْمَلٰٓئِكَةُ اَوْ يَاْتِيَ رَبُّكَ اَوْ يَاْتِيَ بَعْضُ اٰيٰتِ رَبِّكَ ۭ يَوْمَ يَاْتِيْ بَعْضُ اٰيٰتِ رَبِّكَ لَا يَنْفَعُ نَفْسًا اِيْمَانُهَا لَمْ تَكُنْ اٰمَنَتْ مِنْ قَبْلُ اَوْ كَسَبَتْ فِيْٓ اِيْمَانِهَا خَيْرًا ۭ قُلِ انْتَظِرُوْٓا اِنَّا مُنْتَظِرُوْنَ ﴿١٥٨﴾

১৫৯। মখোইনা ঙাইহৌরা ফরিশতহশিংনা লাকপা মখোইদা নত্তগা নংগী মপুনা লেঙলকপা নত্তগা খুদম খরা নংগী মপুগী লাকপা? কোরৌ নোংজা অদুদা খুদম খরা নংগী মপুগী লাকপা (উরগা), থাজবা হৌবনা কান্নবা পীররোই থরাই অমতবু মানা (হান্না) থাজহৈদ্রবদা নত্তগা কমায়খিদ্রে অফবা করিমতা মাগী ধর্ম্ম থাজবনা। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "নখোই ঙাইহো, ঐখোইসু ঙাইহরিএ।"

اِنَّ الَّذِيْنَ فَرَّقُوْا دِيْنَهُمْ وَكَانُوْا شِيَعًا لَّسْتَ مِنْهُمْ

১৬০। অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা মচেৎ-মচেৎ থুগায়বা মখোইগী ধর্ম্মবু অমসুং থোকহনবা

فِي شَيْءٍ ۚ إِنَّمَا أَمْرُهُمْ إِلَى اللَّهِ ثُمَّ يُنَبِّئُهُم بِمَا كَانُوا يَفْعَلُونَ ﴿١٥٩﴾

তোঙান-তোঙানবা কাঙবুশিং, নং করিসু মরী লৈনদে মখোইগা। তশেংবমক মখোইগী থৌ-রাদি অল্লাহগীনি, মরমদুনা মহাকনা খঙহনবিগনি মখোইবু মখোইনা মশিঙ্গাং ওইনা তৌরম্বদু।

مَن جَاءَ بِالْحَسَنَةِ فَلَهُ عَشْرُ أَمْثَالِهَا ۖ وَمَن جَاءَ بِالسَّيِّئَةِ فَلَا يُجْزَىٰ إِلَّا مِثْلَهَا وَهُمْ لَا يُظْلَمُونَ ﴿١٦٠﴾

১৬১। কনাগুম্বনা তৌরবদি অফবা থবক অমা ফংগনি শরুক তরা মদুগা মান্নবা; তৈইগুম্বসুং কনাগুম্বনা তৌরবদি ফত্তবা থবক অমা ফংগনি মদুগা মান্নবতা; অমসুং মখোইবু লান্না থক তৌবিরোই।

قُلْ إِنَّنِي هَدَانِي رَبِّي إِلَىٰ صِرَاطٍ مُّسْتَقِيمٍ دِينًا قِيَمًا مِّلَّةَ إِبْرَاهِيمَ حَنِيفًا ۚ وَمَا كَانَ مِنَ الْمُشْرِكِينَ ﴿١٦١﴾

১৬২। হায়যু: "তশেংবমক ঐগী মপুনা লমজিংবিখ্রে ঐবু অচুম্বা লম্বীদা—অচুম্বা ধর্ম্মদা, ইব্রাহীমগী নীতিদা, (মহাক্তি) তুররিংবনি; অমসুং মহাক ওইখিদে (অমা) লাইয়াম ঈরাৎপশিংগী।"

قُلْ إِنَّ صَلَاتِي وَنُسُكِي وَمَحْيَايَ وَمَمَاتِي لِلَّهِ رَبِّ الْعَالَمِينَ ﴿١٦٢﴾

১৬৩। (অমুকহন্না) হায়যু: "ঐগী নমাজ অমসুং ঐগী কুরবানী অমসুং ঐগী হিংবা অমসুং ঐগী শিবা অল্লাহগীদমকনি, (মহাক্তি) অশুপ্পা মপুনি সংসার পুম্নমক্কী।

لَا شَرِيكَ لَهُ ۖ وَبِذَٰلِكَ أُمِرْتُ وَأَنَا أَوَّلُ الْمُسْلِمِينَ ﴿١٦٣﴾

১৬৪। লৈতে মশরুব য়ামিন্নবা কনামতা মহাক্কী; অমসুং মসি য়াথংনবিখ্রে ঐঙোন্দা, অমসুং ঐনা (ঐগী মতমদা) খ্বাইদগী অহানবানি চঙজবশিংগী।

قُلْ أَغَيْرَ اللَّهِ أَبْغِي رَبًّا وَهُوَ رَبُّ كُلِّ شَيْءٍ ۚ وَلَا تَكْسِبُ كُلُّ نَفْسٍ إِلَّا عَلَيْهَا ۚ وَلَا تَزِرُ وَازِرَةٌ وِزْرَ أُخْرَىٰ ۚ ثُمَّ إِلَىٰ رَبِّكُم مَّرْجِعُكُمْ فَيُنَبِّئُكُم بِمَا كُنتُمْ فِيهِ تَخْتَلِفُونَ ﴿١٦٤﴾

১৬৫। (অমুকহন্না) হায়যু: "ঐনা থিসিরা অল্লাহদগী হেন্দোকপা অতোপ্পা মপু অমা, মহাকনা ওইরগা মপু পোৎ পুম্নমক্কী?" অদুগা থরাই অমতনা তৌদে (ফত্তবা) মশামক্কী মায়োক্তা নত্তনা; নত্রগা পোৎলুম পুবা কনামতনা পুবিরোই (পাপকী) পোৎলুম অতে অতোপ্পগী। (তাইবঙ পুন্সি লোয়রবা) মতমদুদা নখোইগী মপুগী মায়কৈদা নখোই হনজনগনি, অদুগী মতমদা মহাকনা খঙহনবিগনি নখোইবু নখোইনা য়ানরমদবা (রাফম) অদু।

وَهُوَ الَّذِي جَعَلَكُمْ خَلَائِفَ الْأَرْضِ وَرَفَعَ بَعْضَكُمْ

১৬৬। অদুগা মহাকননি শেম্বিখিবা নখোইবু মহুৎ

فَوْقَ بَعْضٍ دَرَجٰتٍ لِّيَبْلُوَكُمْ فِيْ مَآ اٰتٰىكُمْ ۭ اِنَّ رَبَّكَ سَرِيْعُ الْعِقَابِ ۡ وَاِنَّهٗ لَغَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ﴿١٦٥﴾

শীনবা মী (অতোপ্পগী) মালেমদা অমসুং থাক রাংহনবিথি নখোই খরবু অতে অতোপ্পগী মথক থোংনা, অদুনা মহাকনা চাং য়েংনবা নখোইবু মহাকনা পীখিবা (থৌজাল) অদুনা নখোইদা। তশেংবমক নংগী মপুদি থুবনি লমল খুম্বদা; অমসুং তশেংবমক মহাক্তি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।


سُوْرَةُ الْاَعْرَافِ مَكِّيَّةٌ (٧)


## অল-অ'আরাফ সূরহ ৭

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ২০৭)

১ নবা রুকূ

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ﴿١﴾

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

الٓمّٓصٓ ﴿٢﴾

২। ঐ অল্লাহনি, খ্বাইদগী হেন্না অখঙবনি, অমসুং শন্দোক্না তাকপনি (অনল্লাহু অ'অালমু র-অফসল)।

كِتٰبٌ اُنْزِلَ اِلَيْكَ فَلَا يَكُنْ فِيْ صَدْرِكَ حَرَجٌ مِّنْهُ لِتُنْذِرَ بِهٖ وَذِكْرٰى لِلْمُؤْمِنِيْنَ ﴿٣﴾

৩। মসি কিতাবনি থাবিখিবা নংঙোন্দা—মরম অদুনা নং করিসু রাশিনগনু নথম্মোইনুংদা মসিগী মরমদা—অদুনা নংনা পাওমেন্নবা মসিনা, অমসুং (মসি) নীংশিঙহল্লিবা পোৎনি অচুম্বা থাজবশিংদা।

اِتَّبِعُوْا مَآ اُنْزِلَ اِلَيْكُمْ مِّنْ رَّبِّكُمْ وَلَا تَتَّبِعُوْا مِنْ دُوْنِهٖٓ اَوْلِيَآءَ ۭ قَلِيْلًا مَّا تَذَكَّرُوْنَ ﴿٤﴾

৪। (নং লাউথোকও) "তুং ইল্লু নখোইদা থাবিরকখিবা অদুগী নখোইগী মপুদগী, অমসুং হায়বা ইনগনু ঙাকপিবা কনামতগী মহাক নত্তনা। তৌইগুম্বসুং কনাচিত্তা নখোইনা থৌশা-রাশাই।

وَكَمْ مِّنْ قَرْيَةٍ اَهْلَكْنٰهَا فَجَآءَهَا بَاْسُنَا بَيَاتًا

৫। অদুগা শহর কয়া ঐখোইনা মাঙহনবিখ্রবা (মখোইনা হায়বা ইনখিনবগী)! অমসুং ঐখোইগী রায়েল-চৈরাকঃ লাকখি মসিগী মথক্তা

أَوْ هُمْ قَآئِلُونَ ﴿٥﴾

(নারোন্দা) অহিং তাংলৌদা নত্তগা মখোইনা তুমলিঙৈদা নুংথিলদা।

فَمَا كَانَ دَعْوَىٰهُمْ إِذْ جَآءَهُم بَأْسُنَآ إِلَّآ أَن قَالُوٓا۟ إِنَّا كُنَّا ظَٰلِمِينَ ﴿٥﴾

৬। মরম অদুনা ঐখোইগী রায়েল-চৈরাক লাকখিবদা মখোইগী মথক্তা, মখোইগী খোল্লাও অসিতা মহায়খি : "থাঙ্গৈশেংবমক ঐখোই অরানবা লম্বীনরম্বশিংনি।"

فَلَنَسْـَٔلَنَّ ٱلَّذِينَ أُرْسِلَ إِلَيْهِمْ وَلَنَسْـَٔلَنَّ ٱلْمُرْسَلِينَ ﴿٦﴾

৭। অদুগা ঐখোইনা শোয়দনমক রা হংবিগনি রসুলশিং থাবিখিবা মখোইদুদা অমসুং ঐখোইনা শোয়দনমক রা হংবিগনি রসুলশিংবু (স্ব)।

فَلَنَقُصَّنَّ عَلَيْهِم بِعِلْمٍ ۖ وَمَا كُنَّا غَآئِبِينَ ﴿٧﴾

৮। অদুগী মতমদা ঐখোইনা শোয়দনমক লীবিগনি মখোইদা (মখোইগী থবকশিং) অখণ্ডবগা লোয়ননা, করিনা হায়রবু ঐখোই কদৌঙৈদসু য়াওদবা লৈখিদে।

وَٱلْوَزْنُ يَوْمَئِذٍ ٱلْحَقُّ ۚ فَمَن ثَقُلَتْ مَوَٰزِينُهُۥ فَأُو۟لَٰٓئِكَ هُمُ ٱلْمُفْلِحُونَ ﴿٨﴾

৯। অদুগা খল ওনবা (-গুণ লেপ্পা) গী থবক কোরৌ নোংজা অদুদা চুম্না তৌবিগনি; মরম অদুনা পালা লুম্বশিংদো, মখোইনি মমায় পাক্কদৌরিবা।

وَمَنْ خَفَّتْ مَوَٰزِينُهُۥ فَأُو۟لَٰٓئِكَ ٱلَّذِينَ خَسِرُوٓا۟ أَنفُسَهُم بِمَا كَانُوا۟ بِـَٔايَٰتِنَا يَظْلِمُونَ ﴿٩﴾

১০। অদুগা পালা য়াংবশিংদো, মখোইনি অমাঙবা খোঙকম্নহনখিবা মথরাইশিংবু মরমদি মখোইনা থাজখিদে ঐখোইগী পাওজেলশিংবু।

وَلَقَدْ مَكَّنَّٰكُمْ فِى ٱلْأَرْضِ وَجَعَلْنَا لَكُمْ فِيهَا مَعَٰيِشَ ۗ قَلِيلًا مَّا تَشْكُرُونَ ﴿١٠﴾

১১। অদুগা অশেংবমক ঐখোইনা থম্মিখি (নী) নখোইবু পৃথিবীদা অমসুং শেম্মিখি মদুগী মনুংদা নখোইগী হিংনবগী উপায়। তৌইগুম্বসুং থাজিক্তনি নখোইনা তৌবিমল খঙবা উৎপদি।

২ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ خَلَقْنَٰكُمْ ثُمَّ صَوَّرْنَٰكُمْ ثُمَّ قُلْنَا لِلْمَلَٰٓئِكَةِ ٱسْجُدُوا۟ لِءَادَمَ فَسَجَدُوٓا۟ إِلَّآ إِبْلِيسَ لَمْ يَكُن مِّنَ ٱلسَّٰجِدِينَ ﴿١١﴾

১২। অদুগা ঐখোইনা অশেংবমক শেমখি (নী) নখোইবু, অদুগী তুংদা অমখি মতৌ-মওং নখোইবু, মতমদুদা ঐখোইনা হায়খি ফরিশতহশিংদা : "চঙজৌ আদমদা" মরম অদুনা মখোই পুম্নমক চঙজখি ইবলিস নত্তনা : মহাক্তি যাওখিদে চঙজখিবশিংগী মরক্তা।

১৩। অল্লাহনা হায়বিখি ঃ "করিনা থিংখিবগে নংবু অয়েৎপা লৈতনা য়াবদা ঐনা হুকুম তৌ-খ্রবমক্তগ নংবু ?" মহাকনা হায়খি ঃ "ঐনা ফবা হেল্লি মঙোন্দগী। নহাকনা শেম্বিখি ঐবু (অশেংবা) মৈদগী, তৌইগুম্বসুং নহাকনা শেম্বিখি মহাকপু লৈখোমদগী।"

قَالَ مَا مَنَعَكَ اَلَّا تَسْجُدَ اِذْ اَمَرْتُكَ ۚ قَالَ اَنَا خَيْرٌ مِّنْهُ ۚ خَلَقْتَنِيْ مِنْ نَّارٍ وَّخَلَقْتَهٗ مِنْ طِيْنٍ ﴿١٣﴾

১৪। অল্লাহনা হায়বিখি ঃ "অদু ওইরবদি চখোকখ্রো মফমসিদগী ; নং ইফন্দ-ফননিঙাই নত্তে মফম অসিদা। থোকখ্রো, তশেংনমক নংসে (অমনি) লৈখা তারবশিংগী মরক্তা।"

قَالَ فَاهْبِطْ مِنْهَا فَمَا يَكُوْنُ لَكَ اَنْ تَتَكَبَّرَ فِيْهَا فَاخْرُجْ اِنَّكَ مِنَ الصّٰغِرِيْنَ ﴿١٤﴾

১৫। মহাকনা হায়খি ঃ "মতম য়েথোকপিয়ু ঐঙোন্দা মখোইনা অমুক হিংগৎলক্কদবা নুমিৎ ফাওবা।"

قَالَ اَنْظِرْنِيْٓ اِلٰى يَوْمِ يُبْعَثُوْنَ ﴿١٥﴾

১৬। অল্লাহনা হায়বিখি ঃ "নংসু অমনি ঙাইহাক থিলহনখিবশিংগী মরক্তা।"

قَالَ اِنَّكَ مِنَ الْمُنْظَرِيْنَ ﴿١٦﴾

১৭। ইবলিসনা হায়খি ঃ "হৌজিক নহাকনা ঝা লেপ্পিখ্রবনিনা ঐবু শেরান্নবনি হায়না, ঐনা শোয়দনমক লৈগনি লুমদুনা (মী) মখোইবু নহাক্কী অচুম্বা লম্বীদা,

قَالَ فَبِمَآ اَغْوَيْتَنِيْ لَاَقْعُدَنَّ لَهُمْ صِرَاطَكَ الْمُسْتَقِيْمَ ۙ﴿١٧﴾

১৮। "মওং মতাদুদা ঐনা শোয়দনমক লাকশিনগনি মখোইবু ঃ মখোইগী মমাংরোমদগী অমসুং মখোইগী মতুংরোমদগী অমসুং মখোইগী য়েৎরোমদগী অমসুং মখোইগী ওইরোমদগী, অদুনা নহাকনা ফংবিরোই মখোই অয়াম্বা তৌবিমল খঙবা উৎপা।"

ثُمَّ لَاٰتِيَنَّهُمْ مِّنْۢ بَيْنِ اَيْدِيْهِمْ وَمِنْ خَلْفِهِمْ وَعَنْ اَيْمَانِهِمْ وَعَنْ شَمَآئِلِهِمْ ۗ وَلَا تَجِدُ اَكْثَرَهُمْ شٰكِرِيْنَ ﴿١٨﴾

১৯। অল্লাহনা হায়বিখি ঃ থোকখ্রো মফমসিদগী, হঙোইনখ্রবা অমসুং তাথোকপিখ্রবা (অমা) ওইনা। মখোই কনাগুম্বনা তুং-ইল্লবদি নংগী, ঐনা শোয়দনমক থলহনবিগনি যম লৈবাকসি নখোই পুম্নমক্না।

قَالَ اخْرُجْ مِنْهَا مَذْءُوْمًا مَّدْحُوْرًا ۗ لَمَنْ تَبِعَكَ مِنْهُمْ لَاَمْلَـَٔنَّ جَهَنَّمَ مِنْكُمْ اَجْمَعِيْنَ ﴿١٩﴾

২০। অমসুং হে আদম ! নৈয়ু নং অমসুং নংগী নুপীগা হেকোন-লৈকোন্দা, অমসুং চাও নংনা

وَيٰٓاٰدَمُ اسْكُنْ اَنْتَ وَزَوْجُكَ الْجَنَّةَ فَكُلَا مِنْ حَيْثُ

شِئْتُمَا وَلَا تَقْرَبَا هٰذِهِ الشَّجَرَةَ فَتَكُونَا مِنَ الظّٰلِمِيْنَ ﴿١٩﴾

অপাম-অপাম্বা মফমদা ননীং তৌনা, তৌইগুম্বসুং চঙলুগনু উপাম্বী অসিগী মনাক্তদি, নত্ত্রবদি নখোই ওইখিগনি অরানবা লম্বীনবশিং।

فَوَسْوَسَ لَهُمَا الشَّيْطٰنُ لِيُبْدِيَ لَهُمَا مَا وٗرِيَ عَنْهُمَا مِنْ سَوْاٰتِهِمَا وَقَالَ مَا نَهٰىكُمَا رَبُّكُمَا عَنْ هٰذِهِ الشَّجَرَةِ اِلَّآ اَنْ تَكُوْنَا مَلَكَيْنِ اَوْ تَكُوْنَا مِنَ الْخٰلِدِيْنَ ﴿٢٠﴾

২১। মতাং অদুদা শৈতান্না হায়বিখ্রে নাকোং ৱাপৈ মখোইবু অদুনা মহাকনা খঙহন্নবা মখোইদা লোৎশন্দুনা লৈরম্বদু মখোইদগী ঈকাইহনিঙঙাই ওইবদু মখোইগী, অমসুং মহাকনা হায়খি ঃ নখোইগী মপুনা থিংবিখি নখোইবু উপাম্বী অসিদগী (মহৈ চাগনু হায়না), নত্ত্রবদি নখোই ওইখিনি শিবা নাইদ্রবশিং।

وَقَاسَمَهُمَآ اِنِّيْ لَكُمَا لَمِنَ النّٰصِحِيْنَ ﴿٢١﴾

২২। অদুগা মহাকনা ৱাশকপিখি মখোইদা (অসি হায়দুনা) ঃ তশেংবমক ঐসে পুকচেন শেংবা পাওতাক পীবনি নখোইদা।

فَدَلّٰىهُمَا بِغُرُوْرٍ ۚ فَلَمَّا ذَاقَا الشَّجَرَةَ بَدَتْ لَهُمَا سَوْاٰتُهُمَا وَطَفِقَا يَخْصِفٰنِ عَلَيْهِمَا مِنْ وَّرَقِ الْجَنَّةِ ۖ وَنَادٰىهُمَا رَبُّهُمَآ اَلَمْ اَنْهَكُمَا عَنْ تِلْكُمَا الشَّجَرَةِ وَاَقُلْ لَّكُمَآ اِنَّ الشَّيْطٰنَ لَكُمَا عَدُوٌّ مُّبِيْنٌ ﴿٢٢﴾

২৩। মরম অদুনা মহাকনা তাহনখি মখোইবু (হায়বা ইন্দবা) নমথাকনা। মসিগী মতুংদা মখোইনা মহাউ হেক তংলুবদা উপাম্বী অদুগী (মহৈ), মখোইগী ঈকাইবদু তশেংনা উরম্মী অমসুং মখোইনা কুপশল্লম্মী মশামকপু উনাশিং (হেক্তু) না হৈকোন-লৈকোন অদুগী। অদুগা মখোইগী মপুনা কৌরকখি মখোইবু (খুদক্তা, অসি হায়দুনা ঃ) থিংখিদত্রা ঐনা নখোইবু উপাম্বী অদুদগী অমসুং হায়খিদত্রা নখোইদা ঃ থাঙ্গৈশেংবমক, শৈতানদি নখোইগী অফোংবা য়েক্নবনি ?

قَالَا رَبَّنَا ظَلَمْنَآ اَنْفُسَنَا ٚ وَاِنْ لَّمْ تَغْفِرْ لَنَا وَتَرْحَمْنَا لَنَكُوْنَنَّ مِنَ الْخٰسِرِيْنَ ﴿٢٣﴾

২৪। মখোইনা হায়খি ঃ ঐখোইগী মপুও! ঐখোইনা তৌজখ্রে অরানবা ঐখোই ইশামক্তদা; অমসুং নহাকনা য়োনভ-কোকপিদ্রবদি ঐখোইবু অমসুং নুংশিবিদ্রবদি ঐখোইবু, ঐখোই তশেংনমক ওইরগনি অমাঙবা খোঙফম্নবশিং।

قَالَ اهْبِطُوْا بَعْضُكُمْ لِبَعْضٍ عَدُوٌّ ۚ وَلَكُمْ فِي الْاَرْضِ مُسْتَقَرٌّ وَّمَتَاعٌ اِلٰى حِيْنٍ ﴿٢٤﴾

২৫। অল্লাহনা হায়বিখি ঃ "চখোকখ্রো, নখোই অমগা অমগা দুশমন্নি; অমসুং নখোইগীদমক লৈরে লৈফম পৃথিবীদা অমসুং নচিঞ্জাক মতম অমগী।"

قَالَ فِيهَا تَحْيَوْنَ وَفِيهَا تَمُوتُونَ وَمِنْهَا تُخْرَجُونَ ﴿٢٥﴾

২৬। অল্লাহনা (অসিসু) হায়বিখিঃ (পৃথিবী-) অসিগী মনুংদা (মী) নখোই হিংগদবনি অমসুং অসিগী মনুংদা নখোই শিগদবনি, অমসুং মফম অসিদগী নখোইবু (অমুকহন্না) পুথোকপিগনি।

৩ শুবা রুকূ

يَٰبَنِىٓ ءَادَمَ قَدْ أَنزَلْنَا عَلَيْكُمْ لِبَاسًا يُوَٰرِى سَوْءَٰتِكُمْ وَرِيشًا ۖ وَلِبَاسُ ٱلتَّقْوَىٰ ذَٰلِكَ خَيْرٌ ۚ ذَٰلِكَ مِنْ ءَايَٰتِ ٱللَّهِ لَعَلَّهُمْ يَذَّكَّرُونَ ﴿٢٦﴾

২৭। হে আদমগী মচাশিং! তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখি নখোইদা শেৎন-ইন্নবা ফি-রোন মদুনা কুপশল্লি নখোইগী ঈকাইফম অমসুং ওইনৈ ফজবা চরৈ-ফি-জোন; তৌইগুম্বসুং পুণা লৈবগী চরৈ-ফিজোন—মদুনা খ্বাইদগী ফবা হেল্লি। মদু অল্লাহগী পাওজেনশিংগী মরক্তগী (অম) নি, অদুনা মখোইনা মপুকনিং চগজনবা।

يَٰبَنِىٓ ءَادَمَ لَا يَفْتِنَنَّكُمُ ٱلشَّيْطَٰنُ كَمَآ أَخْرَجَ أَبَوَيْكُم مِّنَ ٱلْجَنَّةِ يَنزِعُ عَنْهُمَا لِبَاسَهُمَا لِيُرِيَهُمَا سَوْءَٰتِهِمَآ ۗ إِنَّهُۥ يَرَىٰكُمْ هُوَ وَقَبِيلُهُۥ مِنْ حَيْثُ لَا تَرَوْنَهُمْ ۗ إِنَّا جَعَلْنَا ٱلشَّيَٰطِينَ أَوْلِيَآءَ لِلَّذِينَ لَا يُؤْمِنُونَ ﴿٢٧﴾

২৮। হে আদমগী মচাশিং! শৈতান্না ওক্তবা লম্বীদা চিংহনগনু নখোইবু, মহাকনা তাথোক-হনবিখিবগুম্না নখোইগী নপা-নমাবু হৈকোন-লৈকোন্নুংদগী, ছুদোকপিদুনা মখোইগী চরৈ-ফিজোন অদুনা মহাকনা উহন্নবা মখোইবু মখোইগী ঈকাইবা। তশেংবমক নখোইবু উই মহাক অমসুং মহাক্কী কাগুলুপনা, নখোইনা উদবা মফমদগী মখোইবু। থাঙ্গৈশেংবমক ঐখোইনা শেমখি শৈতানশিংবু তিন্নবা মরূপশিং ওইনা মখোইদুগী—মখোইনা অচুম্বা থাজদে।

وَإِذَا فَعَلُوا۟ فَٰحِشَةً قَالُوا۟ وَجَدْنَا عَلَيْهَآ ءَابَآءَنَا وَٱللَّهُ أَمَرَنَا بِهَا ۗ قُلْ إِنَّ ٱللَّهَ لَا يَأْمُرُ بِٱلْفَحْشَآءِ ۖ أَتَقُولُونَ عَلَى ٱللَّهِ مَا لَا تَعْلَمُونَ ﴿٢٨﴾

২৯। অদুগা মখোইনা তৌবদা লূদবা (থবক) অমা, মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইনা ফংখি ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংনা তৌখি মসি, অমসুং অল্লাহনা য়াথংনবিখ্রে মসি ঐখোইদা।" হায়য়ুঃ "অল্লাহনা কদৌনুংদসু য়াথংনবিদে লূদবা (থবকশিং)। নখোইনা হেক্তমক হায়জিনব্রা অল্লাহগীনি হায়না অদু-অদুগুম্বা পোত্তা নখোইনা খঙদবদু?"

قُلْ أَمَرَ رَبِّى بِٱلْقِسْطِ ۖ وَأَقِيمُوا۟ وُجُوهَكُمْ عِندَ كُلِّ

৩০। (অসিসু) হায়য়ুঃ "ঐগী মপুনা য়াথংনবি অচুম্বা অমসুং নখোই নপুকনিং চপ যুংনা নমায় ওনশল্লু নমাজগী (মতম অমসুং) মফম খুদিংদা, অমসুং কৌজৌ মহাকপু, নপুকচেন শেংনা মঙোন্দা

হায়বা ইন্দুনা মহাকনা শেম-শাবিখিবগুম্না নখোইবু, নখোই হনজনগনি (মঙোন্দা অমুকহন্না)।''

مَسْجِدٍ وَّادْعُوْهُ مُخْلِصِيْنَ لَهُ الدِّيْنَ ۬ كَمَا بَدَاَكُمْ تَعُوْدُوْنَ ۝٢٩

৩১। খরবু মহাকনা লমজিংবিখ্রে অমসুং অতোপ্পাশিংনা লমফৈনবনা মখোইগী মশরুক ওইখ্রে (মখোইনা ফত্তরম লম্বীনবনা)। তশেংবমক মখোইনা লৌখ্রে শৈতানশিংবু মখোইগী মরূপশিং ওইনা অল্লাহগী মহুত্তা অমসুং মখোইনা খল্লি মখোই ফংলবনি অচুম্বা লমজিং।

فَرِيْقًا هَدٰى وَفَرِيْقًا حَقَّ عَلَيْهِمُ الضَّلٰلَةُ ۭ اِنَّهُمُ اتَّخَذُوا الشَّيٰطِيْنَ اَوْلِيَاۗءَ مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ وَيَحْسَبُوْنَ اَنَّهُمْ مُّهْتَدُوْنَ ۝٣٠

৩২। হে আদমগী মচাশিং! শেংলু (অফবা) ফিজোন নমাজগী (মতম অমসুং) মফম খুদিংদা, অমসুং চাও অমসুং থকও (অফবা অচা-থকশিং), তৌইগুম্বসুং কা হেন্দোক্কনু। তশেংবমক মহাকনা নুংশিবিদে কা হেনবিশিংবু।

يٰبَنِيْٓ اٰدَمَ خُذُوْا زِيْنَتَكُمْ عِنْدَ كُلِّ مَسْجِدٍ وَّكُلُوْا وَاشْرَبُوْا وَلَا تُسْرِفُوْا ۚ اِنَّهٗ لَا يُحِبُّ الْمُسْرِفِيْنَ ۝٣١ ع

৪ শুবা রুকূ

৩৩। হায়য়ু: কনানা থিংলিবনো অল্লাহগী (ফিজেৎ অমসুং) লৈতেং মদু মহাকনা পুথোকপিখি মহাক্কী মনাইশিংগীদমক্তা অমসুং অশেংবা চিঞ্জাকশিং? (অমুকসু) হায়য়ু: পোৎশিংসি অচুম্বা থাজখ্রবশিংগীনি তাইবঙ পুন্সি খোঙফমদা অমসুং (মদু) (মখোইতগীনি) কিয়ামত নুমিত্তা। অসুম্না ঐখোইনা শন্দোক্লা তাকপি পাওজেনশিং অখঙবা মীওইশিংদা।

قُلْ مَنْ حَرَّمَ زِيْنَةَ اللّٰهِ الَّتِيْٓ اَخْرَجَ لِعِبَادِهٖ وَالطَّيِّبٰتِ مِنَ الرِّزْقِ ۭ قُلْ هِىَ لِلَّذِيْنَ اٰمَنُوْا فِي الْحَيٰوةِ الدُّنْيَا خَالِصَةً يَّوْمَ الْقِيٰمَةِ ۭ كَذٰلِكَ نُفَصِّلُ الْاٰيٰتِ لِقَوْمٍ يَّعْلَمُوْنَ ۝٣٢

৩৪। (অমুকহন্না) হায়য়ু: ঐগী মপুনা থিংখিবদি: অমোৎপা থবকশিং—অফোংবা নত্তগা অরোনবা—অমসুং পাপ (কী থবকশিং) অমসুং আইন কায়না লানহৌবা অমসুং নখোইনা থৈজনবা মশরুক য়ামিন্নবা অল্লাহদা মদু তৌবা য়াবগী হুকুম অল্লাহনা পীখিদবদা অমসুং নখোইনা ঙাঙ-শকই অল্লাহগী মায়োক্তা করিসু খঙদনা।

قُلْ اِنَّمَا حَرَّمَ رَبِّيَ الْفَوَاحِشَ مَا ظَهَرَ مِنْهَا وَمَا بَطَنَ وَالْاِثْمَ وَالْبَغْيَ بِغَيْرِ الْحَقِّ وَاَنْ تُشْرِكُوْا بِاللّٰهِ مَا لَمْ يُنَزِّلْ بِهٖ سُلْطٰنًا وَّاَنْ تَقُوْلُوْا عَلَى اللّٰهِ مَا لَا تَعْلَمُوْنَ ۝٣٣

৩৫। অদুগা জাতি খুদিংগী অরেপ্পা মতম অমা লৈ; মরম অদুনা মখোইগী (লেপখিবা) মতম

وَلِكُلِّ اُمَّةٍ اَجَلٌ ۚ فَاِذَا جَاۗءَ اَجَلُهُمْ لَا يَسْتَاْخِرُوْنَ

سَاعَةً وَّلَا يَسْتَقْدِمُوْنَ ﴿٣٤﴾

লাক্লবদা, মখোইনা ওমলোই পংথবা নিংকুপ অমা নত্তগা মখোইনা মাং থাবা (মদুগী)।

يٰبَنِيْٓ اٰدَمَ اِمَّا يَاْتِيَنَّكُمْ رُسُلٌ مِّنْكُمْ يَقُصُّوْنَ عَلَيْكُمْ اٰيٰتِيْ فَمَنِ اتَّقٰى وَاَصْلَحَ فَلَا خَوْفٌ عَلَيْهِمْ وَلَا هُمْ يَحْزَنُوْنَ ﴿٣٥﴾

৩৬। হে আদমগী মচাশিং! রসুলশিং লাকখিবদা নখোইদা নখোইগী মরক্তগী, থীর-থীরদুনা এগী পাওজেলশিং নখোইদা, মতমদুদা কনাগুম্বনা ভক্তি লৈরবদি (অল্লাহদা) অমসুং অচুম্বা লম্বীনরবদি, মখোই করিসু কিনঙাই লৈতে নত্তগা মখোই রানঙাইসু থোক্তে।

وَالَّذِيْنَ كَذَّبُوْا بِاٰيٰتِنَا وَاسْتَكْبَرُوْا عَنْهَآ اُولٰٓئِكَ اَصْحٰبُ النَّارِ هُمْ فِيْهَا خٰلِدُوْنَ ﴿٣٦﴾

৩৭। তৌইগুম্বসুং এখোইগী পাওজেলশিংবু য়াদবশিং অমসুং থওই-উশিত্তনা মমায় ওথোকপশিং, মখোইসি মরূপশিংনি খাম্নি মৈগী; মখোই লৈরগনি মদুগী মনুংদা।

فَمَنْ اَظْلَمُ مِمَّنِ افْتَرٰى عَلَى اللّٰهِ كَذِبًا اَوْ كَذَّبَ بِاٰيٰتِهٖ اُولٰٓئِكَ يَنَالُهُمْ نَصِيْبُهُمْ مِّنَ الْكِتٰبِ حَتّٰٓى اِذَا جَآءَتْهُمْ رُسُلُنَا يَتَوَفَّوْنَهُمْ قَالُوْٓا اَيْنَ مَا كُنْتُمْ تَدْعُوْنَ مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ قَالُوْا ضَلُّوْا عَنَّا وَشَهِدُوْا عَلٰٓى اَنْفُسِهِمْ اَنَّهُمْ كَانُوْا كٰفِرِيْنَ ﴿٣٧﴾

৩৮। অদুগী মতুংইন্না কনানো মঙোন্দগী হেন্না চুমদবা মহাকনা শাজিন-শাজিন্দুনা মীনম্বা হায়জিল্লি অল্লাহগী মায়োক্তা নত্তগা মীনম্বা তাহল্লি মহাক্কী পাওজেলশিংবু? মখোইসি ফংগনি মখোইগী শরুক য়াথংনখিবা (চৈরাক দগুগী), অসি (য়ৌবফাওবা) এখোইগী দুতশিংনা লাকপদা মখোইদা মখোইগী মথরাই লৌবা, মখোইনা হায়গনিঃ "কদায়দা চৎখ্রবগে নখোইনা ইত্তৎ-তত্তনা কৌরম্বা অল্লাহ নত্তবদু?" মখোইনা পাওখুমগনিঃ "মখোই (হৌজিক) চৎখোকখ্রে এখোইদগী;" অমসুং মখোইনা সাক্ষী পীগনি মশাগী মায়োক্তা মদুদি মখোই ওইরম্মী লমকৈ-খোঙকম্মবশিং।

قَالَ ادْخُلُوْا فِيْٓ اُمَمٍ قَدْ خَلَتْ مِنْ قَبْلِكُمْ مِّنَ الْجِنِّ وَالْاِنْسِ فِي النَّارِ كُلَّمَا دَخَلَتْ اُمَّةٌ لَّعَنَتْ اُخْتَهَا حَتّٰٓى اِذَا ادَّارَكُوْا فِيْهَا جَمِيْعًا قَالَتْ اُخْرٰىهُمْ لِاُوْلٰىهُمْ رَبَّنَا هٰٓؤُلَآءِ اَضَلُّوْنَا فَاٰتِهِمْ عَذَابًا ضِعْفًا مِّنَ النَّارِ

৩৯। অল্লাহনা হায়বিগনিঃ "চঙলো নখোই মৈনুংদা মরক্তা (তোঙান-তোঙানবা) জাতিশিংগী জিনশিং অমসুং মীশিংগী মখোইদু শিখ্রবনি হান্না নখোইগী মমাংদা। মীরোন (অনৌবা) অমা হেক চঙবগা (মৈনুংদা), মদুনা সিরাপ তৌগনি (মমাং থাখিবা) মাগী মজাতিবু; মখোই লোয়নমক মথং-মথং লাক্তরিবা কাওবা মদুদা, খ্নাইগী মমে ভাবনা হায়গনি মখোই খ্নাইগী মাং থাখিবগী

قَالَ لِكُلٍّ ضِعْفٌ وَّلٰكِنْ لَّا تَعْلَمُوْنَ ﴿٣٨﴾

মরমদা ঃ "ঐখোইগী মপুও! মখোইসিনা লম্বী লান্না চিংবিখ্রে ঐখোইবু, মরম অদুনা পীবিয় মখোইবু চৈরাক পোৎমা খাম্বি মৈগী।" মহাকনা হায়বিগনি ঃ "নখোই খুদিংগী (চৈরাক) পোৎমনি, তৌইহগুম্বসুং নখোইনা খঙদে।"

وَقَالَتْ اُوْلٰىهُمْ لِاُخْرٰىهُمْ فَمَا كَانَ لَكُمْ عَلَيْنَا مِنْ فَضْلٍ فَذُوْقُوا الْعَذَابَ بِمَا كُنْتُمْ تَكْسِبُوْنَ ﴿٣٩﴾

৪০। অদুগা খ্বাইগী মাং থাখিবশিংনা হায়গনি ঃ "(য়েংউ!) নখোই থক থোংনঙাই করিসু লৈতে ঐখোইগী মথক্তা ; মরম অদুনা চৈরাক মহাউ তংঙু নখোইনা তৌখিবা পুস্নমক্কী।"

৫ শুবা রুকূ

اِنَّ الَّذِيْنَ كَذَّبُوْا بِاٰيٰتِنَا وَاسْتَكْبَرُوْا عَنْهَا لَا تُفَتَّحُ لَهُمْ اَبْوَابُ السَّمَآءِ وَلَا يَدْخُلُوْنَ الْجَنَّةَ حَتّٰى يَلِجَ الْجَمَلُ فِيْ سَمِّ الْخِيَاطِ ؕ وَكَذٰلِكَ نَجْزِى الْمُجْرِمِيْنَ ﴿٤٠﴾

৪১। ঐখোইগী পাওজেনশিংবু য়ারমদবা অমসুং পোংথোক চাউথোক্লুনা মমায় ওৎথোকলম্বা মখোইদো, স্বর্গ লৈবাক্কী থোংশিং হাংদোকপিরোই মখোইগীদমক নত্তগা মখোই চঙলোই স্বর্গ লৈকোন্নুংদা উট অমনা লিংপা ঙমদ্রিবা ফাওবা য়েত্তুম মনাদা। অসুম্না ঐখোইনা লমল শিংবি মরাল লৈরবশিংবু।

لَهُمْ مِّنْ جَهَنَّمَ مِهَادٌ وَّمِنْ فَوْقِهِمْ غَوَاشٍ ؕ وَكَذٰلِكَ نَجْزِى الظّٰلِمِيْنَ ﴿٤١﴾

৪২। মখোইগী ওইগনি নরকসি হিপ্প-ফমুং অমসুং মখোইগী মথক্তা (মৈগী) থৈজুপ (মরোন-মরোন) শুপচনবিগনি। অসুম্না ঐখোইনা লমল খুম্বি অরানবা লম্বীনবশিংবু।

وَالَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ لَا نُكَلِّفُ نَفْسًا اِلَّا وُسْعَهَآ ؗ اُولٰٓئِكَ اَصْحٰبُ الْجَنَّةِ ۚ هُمْ فِيْهَا خٰلِدُوْنَ ﴿٤٢﴾

৪৩। তৌইহগুম্বসুং অচুম্বা থাজখ্রবশিং অমসুং অফবা থবকশিং তৌবা মখোইদো—ঐখোইনা পোৎলুম পুহনবিদে থরাই কনা অমতবু মাগী ঙম্বা মঙমদগী হেন্দোক্লা—মখোইসি দখলদারশিংনি হৈকোন-লৈকোনগী ; মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগনি (লোম্বা লৈতনা)।

وَنَزَعْنَا مَا فِيْ صُدُوْرِهِمْ مِّنْ غِلٍّ تَجْرِىْ مِنْ تَحْتِهِمُ الْاَنْهٰرُ ۚ وَقَالُوا الْحَمْدُ لِلّٰهِ الَّذِيْ هَدٰىنَا لِهٰذَا ۟ وَمَا

৪৪। অদুনা ঐখোইনা লৌথোকপিগনি ফত্তবা পুকনিং ঈরাং-পুম্বা মখোইগী মথস্মোইনুংশিংদা লৈবা। মখোইগী খুয়া-খাদা তুরেলশিং তরং ঈচেন্নগনি। অদুগা মখোইনা হায়গনি ঃ "থাগৎলিবা পুস্নমক অল্লাহবুনি, মহাকনা

كُنَّا لِنَهْتَدِيَ لَوْلَآ أَنْ هَدَىٰنَا ٱللَّهُ ۖ لَقَدْ جَآءَتْ رُسُلُ رَبِّنَا بِٱلْحَقِّ ۖ وَنُودُوٓا۟ أَن تِلْكُمُ ٱلْجَنَّةُ أُورِثْتُمُوهَا بِمَا كُنتُمْ تَعْمَلُونَ ﴿٤٣﴾

লমজিংবিখি ঐখোইবু (মফম) অসিদা; অমসুং ঐখোই ঙমলম্মোই লমজিং ফংবা, অল্লাহনা লমজিংবিরমদ্রবদি ঐখোইবু। তশেংবমক ঐখোইগী মপুগী রসূলশিংনা পুরকখি অচুম্বা (ঐখোইদা)।" অদুগা মখোইদা লাউথোকপিনি: (য়েংউ! নমাংদা লৈরিবসি) স্বর্গ লৈকোল্লি, মসি নখোই স্বত্ব ফংফম থোকই (মনা-মথিন ওইনা) নখোইগী তৌজমতিকমলগী।

وَنَادَىٰٓ أَصْحَـٰبُ ٱلْجَنَّةِ أَصْحَـٰبَ ٱلنَّارِ أَن قَدْ وَجَدْنَا مَا وَعَدَنَا رَبُّنَا حَقًّا فَهَلْ وَجَدتُّم مَّا وَعَدَ رَبُّكُمْ حَقًّا ۖ قَالُوا۟ نَعَمْ ۚ فَأَذَّنَ مُؤَذِّنٌۢ بَيْنَهُمْ أَن لَّعْنَةُ ٱللَّهِ عَلَى ٱلظَّـٰلِمِينَ ﴿٤٤﴾

৪৫। অদুগা লৈকোনগী মরূপশিংনা কৌরক্কনি খাম্বি মৈগী মরূপশিংদা (অসি হায়দুনা): "ঐখোইনা তশেংনমক ফংজরে ঐখোইগী মপুনা রাশকপিখিবদু ঐখোইদা অচুম্বনি হায়না; ফংলব্রা নখোইসু নখোইগী মপুনা রাশকপিখিবদু নখোইদা অচুম্বনি হায়না?" মখোইনা পাওখুমগনি: "হোই (ফংলে)।" মতমদুদা পাওজেনবা অমনা লাউথোক্কনি মখোইগী মরক্তা (অসি হায়দুনা): "অল্লাহগী সিরাপনি অরানবা লম্বীনবশিংগী মথক্তা,

ٱلَّذِينَ يَصُدُّونَ عَن سَبِيلِ ٱللَّهِ وَيَبْغُونَهَا عِوَجًا وَهُم بِٱلْـَٔاخِرَةِ كَـٰفِرُونَ ﴿٤٥﴾

৪৬। "মখোইনা থিংই (মীশিংবু) অল্লাহগী লম্বীদগী অমসুং হোৎনৈ অপেবা তাইনগদবগী মদু, অমসুং মখোই থাজদবশিংনি শিরবা মতুংগী পুন্সিবু।"

وَبَيْنَهُمَا حِجَابٌ ۚ وَعَلَى ٱلْأَعْرَافِ رِجَالٌ يَعْرِفُونَ كُلًّۢا بِسِيمَىٰهُمْ ۚ وَنَادَوْا۟ أَصْحَـٰبَ ٱلْجَنَّةِ أَن سَلَـٰمٌ عَلَيْكُمْ ۚ لَمْ يَدْخُلُوهَا وَهُمْ يَطْمَعُونَ ﴿٤٦﴾

৪৭। অদুগা অনিগী মরক্তা লৈগনি পর্দা অমা, অমসুং অরাংবা মফমশিংদা (স্বর্গ লৈকোনগী) লৈগনি মীশিং মখোইনা খঙগনি পুম্নমকবু মখোইগী মার্কাশিংদগী; অমসুং মখোইনা কৌগনি হৈকোন-লৈকোনগী মরূপশিংবু: "অঙৈংবা লৈহনবিসনু নখোইগী নথক্তা।" মখোইসি (হৌজিক ফাওবা) চঙখিরোইদৌরি মসিদা, মখোইনা আশা তৌরবসু (চঙবগী)।

৪৮। অদুগা মখোইগী মমিৎশিং লৈথোরকপদা খাম্বি মৈগী মরূপশিংগী মায়কৈরোমদা, মখোইনা

۞ وَإِذَا صُرِفَتْ أَبْصَـٰرُهُمْ تِلْقَآءَ أَصْحَـٰبِ ٱلنَّارِ قَالُوا۟ رَبَّنَا

لَا تَجْعَلْنَا مَعَ الْقَوْمِ الظّٰلِمِيْنَ ۝٤٧

হায়গনি ঃ "ঐখোইগী মপুও! থম্মিগনু ঐখোইবু লোয়ননা অরানবা লম্বীনবা মীশিংগা।"

৬ শুবা রুকূ

وَنَادٰٓى اَصْحٰبُ الْاَعْرَافِ رِجَالًا يَّعْرِفُوْنَهُمْ بِسِيْمٰهُمْ قَالُوْا مَآ اَغْنٰى عَنْكُمْ جَمْعُكُمْ وَمَا كُنْتُمْ تَسْتَكْبِرُوْنَ ۝٤٨

৪৯। অদুগা অরাংবা মফমদা লৈবশিংনা কৌরক্কনি মীশিংদা, মখোইবু মখোইনা মশক খঙগনি মখোইগী মার্কাশিংদগী, (অমসুং) হায়গনি ঃ "করি কান্নবা ওইরে নখোইদা (তাইবঙ পুন্সিদা) নখোইনা (নরন-নথুম) য়াম্দা পৈশিল্লম্বা অমসুং নাপল-লুথোংনরম্বনা ?

اَهٰٓؤُلَآءِ الَّذِيْنَ اَقْسَمْتُمْ لَا يَنَالُهُمُ اللّٰهُ بِرَحْمَةٍ ؕ اُدْخُلُوا الْجَنَّةَ لَا خَوْفٌ عَلَيْكُمْ وَلَآ اَنْتُمْ تَحْزَنُوْنَ ۝٤٩

৫০। মখোই অসিবুরা নখোইনা ৱাশকলম্বদু অল্লাহনা থৌজালবিরোই মখোইবু? (মখোইদা অল্লাহনা হায়বিগনি ঃ) "চঙলো স্বর্গ লৈকোন্নুংদা ; নখোই করিসু কিনঙাই লৈতে নত্তগা ৱানঙাইসু থোক্কে।"

وَنَادٰٓى اَصْحٰبُ النَّارِ اَصْحٰبَ الْجَنَّةِ اَنْ اَفِيْضُوْا عَلَيْنَا مِنَ الْمَآءِ اَوْ مِمَّا رَزَقَكُمُ اللّٰهُ ؕ قَالُوْٓا اِنَّ اللّٰهَ حَرَّمَهُمَا عَلَى الْكٰفِرِيْنَ ۝٥٠

৫১। অদুগা থাম্বি মৈগী মরুপশিংনা কৌরক্কনি স্বর্গ (লৈকোনগী) মরূপশিংবু (অমসুং হায়গনি) ঃ" হৈথরকও ঈশিং খরা ঐখোইগী ইথক্তা নত্তগা (পীরকও চিঞ্জাক) খরা অল্লাহনা পীবা অদুদগী নখোইদা।" মখোইনা হায়গনি ঃ থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহনা বন্দ তৌবিখ্রে অনিমক লমফে-খোঙফম্নবশিংদা,

الَّذِيْنَ اتَّخَذُوْا دِيْنَهُمْ لَهْوًا وَّلَعِبًا وَّغَرَّتْهُمُ الْحَيٰوةُ الدُّنْيَا ۚ فَالْيَوْمَ نَنْسٰىهُمْ كَمَا نَسُوْا لِقَآءَ يَوْمِهِمْ هٰذَا ۙ وَمَا كَانُوْا بِاٰيٰتِنَا يَجْحَدُوْنَ ۝٥١

৫২। মখোইনা থল্লম্মী মখোইগী ধর্ম্মবু হরাও-কুম্মে অমসুং লীলা ওইনা ; অমসুং মখোইবু তাইবঙ পুন্সিনা নমথাক তৌবিখ্রে।" মরম অদুনা ঙসি কোরৌ নোংজাদা ঐখোইনা কাওথোকপিগনি মখোইবু মখোইনা কাওথোকখিবগুম উনগনি হায়বা ঙসি মখোইগী নুমিৎসি, অমসুং মখোইনা মশিঞ্জাং ওইনা য়াখিদবগী ঐখোইগী পাওজেনশিংবু।

وَلَقَدْ جِئْنٰهُمْ بِكِتٰبٍ فَصَّلْنٰهُ عَلٰى عِلْمٍ هُدًى وَّرَحْمَةً لِّقَوْمٍ يُّؤْمِنُوْنَ ۝٥٢

৫৩। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা য়ৌহনবিখি মখোইদা কিতাব অমা মদু ঐখোইনা শুগায়না তাকপিখি জ্ঞানগা লোয়ননা, লমজিংনি অমসুং ঙাকপিবনি অচুম্বা থাজখ্রবা মীশিংগীদমক্তা।

৫৪। মখোইনা অসুম ঙাইব্রা পাংথোকপা মদুগী চেকশনহন্নবগীদমক তৌখিবা পাওমেনশিং? নুমিৎ অদুদা মদুগী পুরা তৌবদু লাকলবদা মদুবু থৌওইখিদবা মীশিংনা হায়গনি ঃ "থাঙ্গৈশেংবমক ঐখোইগী মপুগী রসুলশিংনা পুরকখি অচুম্বা (ঐখোইদা)।" মরম অদুনা হৌজিক ঐখোইগী ৱা তাইশিনবিনবা কনাগুম্বা লৈব্রা মখোইনা ৱা তাইশিনবিগদবা ঐখোইগীদমক? নত্ত্রগা ঐখোইবু অমুকহন্না থাবিবা য়াগদ্রা (তাইবঙ মীরমলেন্দা) অদুনা ঐখোইনা তৌজনবা হান্না ঐখোইনা (হিংলিঙেদা) তৌখিবা (থবক) শিং অদু নত্তবা? তশেংবমক মখোইনা মাঙহনজখ্রবনি মখোইগী মথৱাইশিংবু, অমসুং মখোইনা চুমদনা শাজিল্লম্বা অদু হাইদোকখ্রে মখোইদগী (শানহৈ-ঙানহৈ থাদোকপিরমদুনা মখোইবু)।

هَلْ يَنظُرُونَ إِلَّا تَأْوِيلَهُ ۚ يَوْمَ يَأْتِي تَأْوِيلُهُ يَقُولُ الَّذِينَ نَسُوهُ مِن قَبْلُ قَدْ جَاءَتْ رُسُلُ رَبِّنَا بِالْحَقِّ فَهَل لَّنَا مِن شُفَعَاءَ فَيَشْفَعُوا لَنَا أَوْ نُرَدُّ فَنَعْمَلَ غَيْرَ الَّذِي كُنَّا نَعْمَلُ ۚ قَدْ خَسِرُوا أَنفُسَهُمْ وَضَلَّ عَنْهُم مَّا كَانُوا يَفْتَرُونَ ﴿٥٣﴾

৭ শুবা রুকূ

৫৫। থাঙ্গৈশেংবমক, নখোইগী মপুদি অল্লাহনি, মহাকনা শেম-শাবিখি আসমান অমসুং পৃথিবী (তোঙান-তোঙানবা) মতম তরুকদা ঃ অদুগী তুংদা মহাকনা লৌখি আশন (শক্তিগী) কোইরেল ফম্বালথক্তা। মহাকনা কুপশনহল্লি অহিংনা নুংথিলবু, মখোই অমনা লেপ্তনা তুং ইল্লি অতোপ্পগী। অদুগা মহাকনা (শেমখি) নুমিৎ অমসুং থা অমসুং থৱানমিচাকশিং, পুম্নমক মখা পোনহল্লি মহাক্কী হুকুমগী। তশেংবমক, মহাক্কীনি শেম-শাবা অমসুং হুকুম তৌবসি। মতিক মঙাল চাওবনি অল্লাহদি, মপুনি সংসার পুম্নমক্কী।

إِنَّ رَبَّكُمُ اللَّهُ الَّذِي خَلَقَ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضَ فِي سِتَّةِ أَيَّامٍ ثُمَّ اسْتَوَىٰ عَلَى الْعَرْشِ يُغْشِي اللَّيْلَ النَّهَارَ يَطْلُبُهُ حَثِيثًا وَالشَّمْسَ وَالْقَمَرَ وَالنُّجُومَ مُسَخَّرَاتٍ بِأَمْرِهِ ۗ أَلَا لَهُ الْخَلْقُ وَالْأَمْرُ ۗ تَبَارَكَ اللَّهُ رَبُّ الْعَالَمِينَ ﴿٥٤﴾

৫৬। (হে মীওইবশিং!) কৌজো নখোইগী মপুবু লোয়ননা অরুক-অনোনবগা অমসুং তুমিন-তুমিন্না। তশেংবমক, মহাকনা নুংশিবিদে কা হেনবশিংবু।

ادْعُوا رَبَّكُمْ تَضَرُّعًا وَخُفْيَةً ۚ إِنَّهُ لَا يُحِبُّ الْمُعْتَدِينَ ﴿٥٥﴾

৫৭। অদুগা ফত্তনবা শীনগনু পৃথিবীদা মসিবু ফগৎহন্নবা শেমখ্রবা মতুংদা, অমসুং কৌজো

وَلَا تُفْسِدُوا فِي الْأَرْضِ بَعْدَ إِصْلَاحِهَا وَادْعُوهُ

خَوۡفًا وَّطَمَعًا ؕ اِنَّ رَحۡمَتَ اللّٰهِ قَرِیۡبٌ مِّنَ الۡمُحۡسِنِیۡنَ ۝٥٦

মহাকপু অকিবা অমসুং আশাগা লোয়ননা। থাঙ্গৈশেংবমক, অল্লাহগী থৌজালদি নকশল্লকপনি অফবা খানবশিংদা।

وَ هُوَ الَّذِیۡ یُرۡسِلُ الرِّیٰحَ بُشۡرًۢا بَیۡنَ یَدَیۡ رَحۡمَتِهٖ ؕ حَتّٰۤی اِذَاۤ اَقَلَّتۡ سَحَابًا ثِقَالًا سُقۡنٰهُ لِبَلَدٍ مَّیِّتٍ فَاَنۡزَلۡنَا بِهِ الۡمَآءَ فَاَخۡرَجۡنَا بِهٖ مِنۡ كُلِّ الثَّمَرٰتِ ؕ كَذٰلِكَ نُخۡرِجُ الۡمَوۡتٰی لَعَلَّكُمۡ تَذَكَّرُوۡنَ ۝٥٧

৫৮। অদুগা মহাকননি থাবিরিবা মালং নুংশিৎশিংবু হরাওবা পাও পুবা ওইনা মহাক্কী থৌজালগী মমাং থানা, নোংগী অরুম্বা তাবুল পুখত্তরিবা ফাওবা, মদু ঐখোইনা হুমদুনা পুহল্লি (ঈকং থোক্তুনা) শিরবা লম অমদা, মতমদুদা ঐখোইনা তাহল্লি নোং-ঈশিং মদুদগী, অদুগী তুংদা ঐখোইনা হৌহল্লি (ঈশিং) অদুগী মপান্না মখল-মখলগী মহে-মরোংশিং। অসুম্না ঐখোইনা হিংগৎহনবিগনি (মথম্মোই) শিরববু অদুনা নখোইনা (করিমতা চিংনদনা) নীংশিঙনবা।

وَ الۡبَلَدُ الطَّیِّبُ یَخۡرُجُ نَبَاتُهٗ بِاِذۡنِ رَبِّهٖ ۚ وَ الَّذِیۡ خَبُثَ لَا یَخۡرُجُ اِلَّا نَكِدًا ؕ كَذٰلِكَ نُصَرِّفُ الۡاٰیٰتِ لِقَوۡمٍ یَّشۡكُرُوۡنَ ۝٥٨

৫৯। অদুগা অফবা লমদা মনা-মশিং (মরাংকায়না) হৌরকই মাগী মপুগী য়াথং মতুংইন্না অমসুং ফত্তবা (লম) দা (চাথোক) ৱাৎনা থোকই। অসুম্না ঐখোইনা তাকথোকপি পাওজেনশিং তৌবিমল খঙবা উৎপা মীশিংগীদমক্তা।

৮ শুবা রুকূ

لَقَدۡ اَرۡسَلۡنَا نُوۡحًا اِلٰی قَوۡمِهٖ فَقَالَ یٰقَوۡمِ اعۡبُدُوا اللّٰهَ مَا لَكُمۡ مِّنۡ اِلٰهٍ غَیۡرُهٗ ؕ اِنِّیۡۤ اَخَافُ عَلَیۡكُمۡ عَذَابَ یَوۡمٍ عَظِیۡمٍ ۝٥٩

৬০। তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখি নুহবু মহাক্কী কাঙলুপদা, মরম অদুনা মহাকনা হায়খিঃ "হো ঐগী কাঙলুপ! অল্লাহগী ভক্তি তৌ, নখোইগী লৈতে চীঙু লাই কনামতা মহাক নত্তনা। থাঙ্গৈশেংবমক ঐনা কিবি নখোইবু ৱায়েল-চৈরাক পীগদবদু অচৌবা নুমিৎ অমদা।"

قَالَ الۡمَلَاُ مِنۡ قَوۡمِهٖۤ اِنَّا لَنَرٰىكَ فِیۡ ضَلٰلٍ مُّبِیۡنٍ ۝٦٠

৬১। (অদুদা) মহাক্কী কাঙলুপকী লুচিংবশিংনা হায়খিঃ "থাঙ্গৈমকশেংনা ঐখোইনা উরে নংসে তশেং-তশেংনা আরানবা লম্বীনবনি।"

قَالَ یٰقَوۡمِ لَیۡسَ بِیۡ ضَلٰلَۃٌ وَّ لٰكِنِّیۡ رَسُوۡلٌ مِّنۡ رَّبِّ الۡعٰلَمِیۡنَ ۝٦١

৬২। মহাকনা হায়খিঃ হো ঐগী কাঙলুপ! ঐ করিসু লম্মুক্কদে, তৌইগুম্বসুং ঐ রসুল অমনি সংসার পুম্নমক্কী মপুদগী।

৬৩। ঐনা থুংহল্লি নখোইদা পাওজেনশিং ঐগী মপুগী অমসুং ঐনা পী নখোইদা অফবা পাওতাক, অমসুং ঐনা খঙই অল্লাহদগী নখোইনা খঙদবদু।

أُبَلِّغُكُمْ رِسٰلٰتِ رَبِّيْ وَاَنْصَحُ لَكُمْ وَاَعْلَمُ مِنَ اللّٰهِ مَا لَا تَعْلَمُوْنَ ۝٦٢

৬৪। নখোইদা অঙকপা ওইনা থোকপ্রা মদুদি পাওতাক অমা লাকখ্রে নখোইদা নখোইগী মপুদগী নখোইগী মরক্তগী মী অমগী চীংথাংদা, অদুনা মহাকনা চেকশিনহন্নবা নখোইবু অমসুং নখোইনা ধর্ম্ম লৈবা শাজৎ চৎনবা, অমসুং নখোইবু থৌজাল তৌবিনক্নবা ?

اَوَعَجِبْتُمْ اَنْ جَآءَكُمْ ذِكْرٌ مِّنْ رَّبِّكُمْ عَلٰى رَجُلٍ مِّنْكُمْ لِيُنْذِرَكُمْ وَلِتَتَّقُوْا وَلَعَلَّكُمْ تُرْحَمُوْنَ ۝٦٣

৬৫। তৌইগুম্বসুং মখোইনা শীজিনখি মহাকপু অরানবা, মরম অদুনা ঐখোইনা কনবিখি মহাকপু অমসুং মহাক্কা লোয়নখিবশিংবু রাকয়ে হীজাওনুংদা, অমসুং ঐখোইনা ঈরাকশিনহনবিখি ঐখোইগী পাওজেনশিংবু য়াদবশিংদু। মখোই ওইরম্মী (মথম্মোইনুংগী) মমিৎ তাংবা মীশিং।

فَكَذَّبُوْهُ فَاَنْجَيْنٰهُ وَالَّذِيْنَ مَعَهٗ فِى الْفُلْكِ وَاَغْرَقْنَا الَّذِيْنَ كَذَّبُوْا بِاٰيٰتِنَا ۚ اِنَّهُمْ كَانُوْا قَوْمًا عَمِيْنَ ۝٦٤ ع ١٥

৯ শুবা রুকূ

৬৬। অদুগা আদ (কাঙলুপ) দা ঐখোইনা থাবিখি মখোইগী মচিন মনাও হূদ (কৌব) বু। মহাকনা হায়খিঃ "হো ঐগী কাঙলুপ! অল্লাহগী ভক্তি তৌ, নখোইগী লৈতে চীঙ্ লাই কনামতা মহাক নত্তনা। নখোই ধর্ম্ম লম্বীনরোইদ্রা ?

وَاِلٰى عَادٍ اَخَاهُمْ هُوْدًا ۗ قَالَ يٰقَوْمِ اعْبُدُوا اللّٰهَ مَا لَكُمْ مِّنْ اِلٰهٍ غَيْرُهٗ ۗ اَفَلَا تَتَّقُوْنَ ۝٦٥

৬৭। (অদুদা) মহাক্কী কাঙলুপকী মরক্তা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী লুচিংবশিংনা হায়খিঃ "ঐখোইনা তশেংবমক উরে নংসে অপঙজাওনি, অমসুং ঐখোইনা শোয়দনমক খল্লি নংসু (অমনি) মীনমজাওবশিংগী।"

قَالَ الْمَلَاُ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا مِنْ قَوْمِهٖۤ اِنَّا لَنَرٰىكَ فِيْ سَفَاهَةٍ وَّاِنَّا لَنَظُنُّكَ مِنَ الْكٰذِبِيْنَ ۝٦٦

৬৮। মহাকনা হায়খিঃ "হো ঐগী কাঙলুপ! ঐ অপঙজাও নত্তে তৌইগুম্বসুং ঐ রসুল অমনি সংসার পুম্নমক্কী মপুদগী।

قَالَ يٰقَوْمِ لَيْسَ بِيْ سَفَاهَةٌ وَّلٰكِنِّيْ رَسُوْلٌ مِّنْ رَّبِّ الْعٰلَمِيْنَ ۝٦٧

৬৯। ঐনা থুংহল্লি নখোইদা পাওজেনশিং ঐগী মপুগী অমসুং ঐসে নখোইদা থাজবা য়াবা পাওতাক পীবনি।

اُبَلِّغُكُمْ رِسٰلٰتِ رَبِّيْ وَاَنَا لَكُمْ نَاصِحٌ اَمِيْنٌ ۝٦٨

اَوَعَجِبۡتُمۡ اَنۡ جَآءَكُمۡ ذِكۡرٌ مِّنۡ رَّبِّكُمۡ عَلٰى رَجُلٍ مِّنۡكُمۡ لِيُنۡذِرَكُمۡ‌ؕ وَاذۡكُرُوۡۤا اِذۡ جَعَلَكُمۡ خُلَفَآءَ مِنۡۢ بَعۡدِ قَوۡمِ نُوۡحٍ وَّزَادَكُمۡ فِى الۡخَلۡقِ بَصۜۡطَةً‌ ۚ فَاذۡكُرُوۡۤا اٰلَۤاءَ اللّٰهِ لَعَلَّكُمۡ تُفۡلِحُوۡنَ ۝٧٠

৭০। নখোইদা অঙকপা ওইনা থোকপ্রা মদুদি পাওতাক অমা লাকখ্রে নখোইদা নখোইগী মপুদগী নখোইগী মরক্তগী মী অমগী চীন্থাংদা, অদুনা নীংশিঙভু মহাকনা ওইহনবিখি নখোইবু মহুৎ শীনবশিং নুহগী কাঙলুপকী মতুংদা অমসুং হেনগৎহনবিখি নখোইগী ওংলৌ হকচাংগী ফিবমদসু। মসিগী মতুংদা, নীংশিঙভু অল্লাহগী থৌজালশিং, অদুনা নখোই নমায় পাকচনবা (অমসুং চাওখৎচনবা)।

قَالُوۡۤا اَجِئۡتَـنَا لِنَعۡبُدَ اللّٰهَ وَحۡدَهٗ وَنَذَرَ مَا كَانَ يَعۡبُدُ اٰبَآؤُنَا‌ ۚ فَاۡتِنَا بِمَا تَعِدُنَاۤ اِنۡ كُنۡتَ مِنَ الصّٰدِقِيۡنَ ۝٧١

৭১। মখোইনা হায়খি ঃ নংনা ঐখোইদা লাকপদি ঐখোইনা ভক্তি তৌনবগীরা অল্লাহতবু অমসুং থাদোকনবগীরা ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংনা ঈরাৎলম্বা (লাইশিং) বু? অদু ওইরবদি, নং পুরকও (চৈরাক দণ্ডিশিং) ঐখোইদা নংনা ধমকা তৌরিবদু, নংনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।

قَالَ قَدۡ وَقَعَ عَلَيۡكُمۡ مِّنۡ رَّبِّكُمۡ رِجۡسٌ وَّغَضَبٌ‌ ؕ اَتُجَادِلُوۡنَنِىۡ فِىۡۤ اَسۡمَآءٍ سَمَّيۡتُمُوۡهَاۤ اَنۡتُمۡ وَاٰبَآؤُكُمۡ مَّا نَزَّلَ اللّٰهُ بِهَا مِنۡ سُلۡطٰنٍ‌ ؕ فَانْتَظِرُوۡۤا اِنِّىۡ مَعَكُمۡ مِّنَ الۡمُنۡتَظِرِيۡنَ ۝٧٢

৭২। মহাকনা পাওখুমখি ঃ তশেংবমক লাকপবু হৌখ্রে নখোইগী নথক্তা চৈরাক দণ্ডি অমসুং অশাউবা নখোইগী মপুদগী। নখোইনা চীন্দানব্রা ঐগা (নখোইগী লাইশিংগী) মমিংশিংগী মরমদা, মদু হেক্তমক থোনখিবনি নখোইনা অমসুং নখোইগী নপা-নপুশিংনা, মদু তৌনবগী অল্লাহনা ময়াথং ইপী-পীখিদে? মরম অদুনা, নখোই অদুক ঙাইখো, ঐসু লোয়নজরি নখোইগা অঙাইবশিংগী মরক্তা।

فَاَنۡجَيۡنٰهُ وَالَّذِيۡنَ مَعَهٗ بِرَحۡمَةٍ مِّنَّا وَقَطَعۡنَا دَابِرَ الَّذِيۡنَ كَذَّبُوۡا بِاٰيٰتِنَا‌ وَمَا كَانُوۡا مُؤۡمِنِيۡنَ ۝٧٣

৭৩। মরম অদুনা ঐখোইনা কনবিখি মহাকপু অমসুং মহাক্কী লোয়নবশিংবু ঐখোইগী কৃপানা, অমসুং ঐখোইনা ককথৎপিখি মরা খমথেংনা ঐখোইগী পাওজেনশিং য়াখিদবশিংবু অমসুং মখোই ওইখিদে অচুম্বা থাজবশিং।

১০ শুবা রুকূ

وَاِلٰى ثَمُوۡدَ اَخَاهُمۡ صٰلِحًا‌ ۘ قَالَ يٰقَوۡمِ اعۡبُدُوا اللّٰهَ مَا لَـكُمۡ مِّنۡ اِلٰهٍ غَيۡرُهٗ‌ ؕ قَدۡ جَآءَتۡكُمۡ بَيِّنَةٌ مِّنۡ رَّبِّكُمۡ‌ ؕ

৭৪। অদুগা সমূদ (কাঙলুপ) দা (ঐখোইনা থাবিখি) মখোইগী মচিন-মনাও সালিহ (কৌব) বু। মহাকনা হায়খি ঃ হো ঐগী কাঙলুপ!

هَٰذِهِ نَاقَةُ اللَّهِ لَكُمْ آيَةً فَذَرُوهَا تَأْكُلْ فِي أَرْضِ اللَّهِ وَلَا تَمَسُّوهَا بِسُوءٍ فَيَأْخُذَكُمْ عَذَابٌ أَلِيمٌ ﴿٧٣﴾

অল্লাহগী ভক্তি তৌ, নখোইগী লৈতে চীঙুলাই কনামতা মহাক নত্তনা। থাঙ্গৈশেংবমক লাকখ্রে নখোইদা তশেংবা দলিল নখোইগী মপুদগী। অল্লাহগী উট অমোমসি খুদম অমনি নখোইগী-দমক্তা; মরম অদুনা থাদোকও মাবু অদুনা মানা (মনীং তম্মা) শজিক চানবা অল্লাহগী মালেমদা অমসুং তৌগনু মঙোন্দা অমাঙবা করিমতা, নত্তবদি অরাবগী মশক ওইবা চৈরাক দণ্ডিনা ফাবিগনি নখোইবু।

وَاذْكُرُوا إِذْ جَعَلَكُمْ خُلَفَاءَ مِنْ بَعْدِ عَادٍ وَبَوَّأَكُمْ فِي الْأَرْضِ تَتَّخِذُونَ مِنْ سُهُولِهَا قُصُورًا وَتَنْحِتُونَ الْجِبَالَ بُيُوتًا فَاذْكُرُوا آلَاءَ اللَّهِ وَلَا تَعْثَوْا فِي الْأَرْضِ مُفْسِدِينَ ﴿٧٤﴾

৭৫। অদুগা নীংশিঙউ (মতম অদু) অল্লাহনা শেম্বিখি নখোইবু মহুৎ শীনবা ওইনা আদকী মতুংদা অমসুং খুন্দাহনবিখি নখোইবু (মখোইগী) লমদা: (অমসুং) নখোইনা শাখি য়ুমজাও কৈজাওশিং তমগী লমশিংদা অমসুং চীং-মান কক্তুনা শেমখি য়ুমশিং। মরম অদুনা নীংশিঙউ অল্লাহগী থৌজালশিং অমসুং তৌগনু ফত্তবা মালেম মকোয়দা কাংখোং চায়বা থোকহন্দুনা।

قَالَ الْمَلَأُ الَّذِينَ اسْتَكْبَرُوا مِنْ قَوْمِهِ لِلَّذِينَ اسْتُضْعِفُوا لِمَنْ آمَنَ مِنْهُمْ أَتَعْلَمُونَ أَنَّ صَالِحًا مُرْسَلٌ مِنْ رَبِّهِ قَالُوا إِنَّا بِمَا أُرْسِلَ بِهِ مُؤْمِنُونَ ﴿٧٥﴾

৭৬। মহাক্কী কাঙলুপকী নাপল-লুথোংনবা লুচিংবশিংনা হায়খি অশোনবশিংদা—মখোইগী মরক্তা অচুম্বা থাজখ্রবশিংদাঃ নখোই (শোয়দনমক) খঙব্রা সালিহবু মহাক্কী মপুনা থারকপনি হায়বা? মখোইনা পাওখুমখিঃ ঐখোইনা তশেংনমক থাজে মহাক্কা লোয়ননা থাবিরকখিবা অদুদা।

قَالَ الَّذِينَ اسْتَكْبَرُوا إِنَّا بِالَّذِي آمَنْتُمْ بِهِ كَافِرُونَ ﴿٧٦﴾

৭৭। অখোই-নাপলনবশিংনা হায়খিঃ তশেং-বমক, ঐখোইনা থাজদে নখোইনা থাজরিবদু।

فَعَقَرُوا النَّاقَةَ وَعَتَوْا عَنْ أَمْرِ رَبِّهِمْ وَقَالُوا يَا صَالِحُ ائْتِنَا بِمَا تَعِدُنَا إِنْ كُنْتَ مِنَ الْمُرْسَلِينَ ﴿٧٧﴾

৭৮। অদুগী তুংদা মখোইনা উট অমোমদুগী মফৈগল কক্তুনা মখোঙ তেকহনবিখি অমসুং চৎন-হৌনা খঙদনা শীংনখি মখোইগী মপুগী ময়াথংদু, অমসুং হায়খিঃ “হে সালিহ! নং পুরকও (রায়েল-চৈরাক) ঐখোইদা থাগনি হায়না নংনা কিহনবিখিবদু ঐখোইবু, নংনা ওইরবদি (থাঙ্গৈশেংবা অমা) রসুলশিংগী।”

فَاَخَذَتْهُمُ الرَّجْفَةُ فَاَصْبَحُوْا فِيْ دَارِهِمْ جٰثِمِيْنَ ﴿٧٩﴾

৭৯। মরম অদুনা য়ুহার হাবনা (ইখঙ-খঙহৌদনা) লাঙ্গোয় চনখি মখোইবু, অমসুং মখোই য়ৈহৎ-য়ৈহত্তুনা তারম্মী মখোইগী ময়ুমশিংদা।

فَتَوَلّٰى عَنْهُمْ وَقَالَ يٰقَوْمِ لَقَدْ اَبْلَغْتُكُمْ رِسَالَةَ رَبِّيْ وَنَصَحْتُ لَكُمْ وَلٰكِنْ لَّا تُحِبُّوْنَ النّٰصِحِيْنَ ﴿٨٠﴾

৮০। মতমদুদা সালিহ মমায় ওথোকখি মখোইদগী অমসুং হায়খিঃ "হো ঐগী কাঙলুপ! ঐনা থুংবিখি নখোইদা পাওজেন ঐগী মপুগী অমসুং পীখি নখোইদা অফবা পাওতাক, তৌইগুম্বসুং নখোইনা নুংশিদে অফবা পাওতাক পীবশিংবু।"

وَلُوْطًا اِذْ قَالَ لِقَوْمِهٖۤ اَتَاْتُوْنَ الْفَاحِشَةَ مَا سَبَقَكُمْ بِهَا مِنْ اَحَدٍ مِّنَ الْعٰلَمِيْنَ ﴿٨١﴾

৮১। অদুগা (ঐখোইনা থাখি) লুত—মহাকনা হায়খি মহাক্কী মীশিংদাঃ "নখোইনা তৌব্রা ঈকাইখঙদবা থবক (মী) কনামতনা (কদৌনুংদসু) তৌখিদবদু নখোইগী মমাংদা?

اِنَّكُمْ لَتَاْتُوْنَ الرِّجَالَ شَهْوَةً مِّنْ دُوْنِ النِّسَآءِ ۚ بَلْ اَنْتُمْ قَوْمٌ مُّسْرِفُوْنَ ﴿٨٢﴾

৮২। "তশেংবমক নখোইনা রাগীন তৌই নিপাশিংদা নুপীশিংগী মহুত্তা। নত্তে, নখোইসি (ধর্ম্ম-জগত্তা) কা হেন্দোকলবা মীশিংনি।"

وَمَا كَانَ جَوَابَ قَوْمِهٖۤ اِلَّاۤ اَنْ قَالُوْۤا اَخْرِجُوْهُمْ مِّنْ قَرْيَتِكُمْ ۚ اِنَّهُمْ اُنَاسٌ يَّتَطَهَّرُوْنَ ﴿٨٣﴾

৮৩। অদুগা মহাক্কী মীশিংগী পাওখুমদা মখোই (অমনা অমদা) অসিতা রাহৈনখিঃ "তাথোকখো মখোইবু নখোইগী শহরদগী, মখোই তশেংবমক অশেংবা শাজিন্নে।"

فَاَنْجَيْنٰهُ وَاَهْلَهٗۤ اِلَّا امْرَاَتَهٗ ۖ كَانَتْ مِنَ الْغٰبِرِيْنَ ﴿٨٤﴾

৮৪। মরম অদুনা ঐখোইনা কনবিখি (লুত) মহাকপু অমসুং মহাক্কী মতুং ইনবশিংবু, মহাক্কী মলিকহ নত্তনা—মহাক্তি (অমনি) তুংদা লৈথহৌবশিংগী।

وَاَمْطَرْنَا عَلَيْهِمْ مَّطَرًا ۖ فَانْظُرْ كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الْمُجْرِمِيْنَ ﴿٨٥﴾

৮৫। অদুগা ঐখোইনা হৈথহনবিখি মখোইগী মথক্তা (অকনবা) নোং অমা। অদুগী মতমদা, য়েংউ, করি পোল্লোই থোকখিবা মরাল লৈরবশিংগী!

১১ শুবা রুকূ

وَاِلٰى مَدْيَنَ اَخَاهُمْ شُعَيْبًا ۚ قَالَ يٰقَوْمِ اعْبُدُوا اللّٰهَ

৮৬। অদুগা (ঐখোইনা থাবিখি) মডয়নদা মখোইগী মচিন মনাও শুঐববু। মহাকনা হায়খিঃ

مَا لَكُمْ مِّنْ اِلٰهٍ غَيْرُهٗ ؕ قَدْ جَآءَتْكُمْ بَيِّنَةٌ مِّنْ رَّبِّكُمْ فَاَوْفُوا الْكَيْلَ وَ الْمِيْزَانَ وَلَا تَبْخَسُوا النَّاسَ اَشْيَآءَهُمْ وَلَا تُفْسِدُوْا فِی الْاَرْضِ بَعْدَ اِصْلَاحِهَا ؕ ذٰلِكُمْ خَيْرٌ لَّكُمْ اِنْ كُنْتُمْ مُّؤْمِنِيْنَ ﴿۸۵﴾

হো ঐগী কাঙলুপ! অল্লাহগী ভক্তি তৌ, নখোইগী লৈতে চীঙু লাই কনামতা মহাক নত্তুনা। থাঙ্গৈশেংবমক লাকখ্রে নখোইদা তশেংবা দলিল নখোইগী মপুদগী, মরম অদুনা (১) পুরা নাপ তৌ অমসুং (পুরা) ওজন তৌ, অমসুং (২) ৱাৎনা খক পীগনু মীশিংগী পোৎশিং, অমসুং (৩) কাংখোং চাইহনবা তৌগনু মালেমদা (অমুকহন্না) মদু ফগৎহন্নবগী থৌরাং তৌখ্রবা মতুংদা। মসিনা নখোইগী হেন্না ফবা ওইগনি, নখোইন। ওইরবদি অচুম্বা থাজবশিং।

وَلَا تَقْعُدُوْا بِكُلِّ صِرَاطٍ تُوْعِدُوْنَ وَتَصُدُّوْنَ عَنْ سَبِيْلِ اللّٰهِ مَنْ اٰمَنَ بِهٖ وَتَبْغُوْنَهَا عِوَجًا ۚ وَاذْكُرُوْٓا اِذْ كُنْتُمْ قَلِيْلًا فَكَثَّرَكُمْ ۪ وَانْظُرُوْا كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الْمُفْسِدِيْنَ ﴿۸۶﴾

৮৭। অদুগা (৪) ফমদুনা লৈগনু লম্বী খুদিংদা ধমকা তৌগদবগী অমসুং (৫) থিংগদৌবগী অল্লাহগী লম্বীদগী অমসুং থাজখ্রবশিংবু অমসুং অপৈবা তাহনগদৌবগী মদুবু। অদুগা নীংশিঙু নখোই মশিং য়ামদবা (খুৎপু) ওইরম্মী, মতমদুদা মহাকনা হেনগৎহনবিখি নখোইবু (মশিং অমসুং উপায়), অমসুং য়েংউ! করি পোল্লেহি থোকখিবা কাংখোং চায়হন্নবা থৌরাংবশিংদো!

وَاِنْ كَانَ طَآئِفَةٌ مِّنْكُمْ اٰمَنُوْا بِالَّذِیْۤ اُرْسِلْتُ بِهٖ وَطَآئِفَةٌ لَّمْ يُؤْمِنُوْا فَاصْبِرُوْا حَتّٰی يَحْكُمَ اللّٰهُ بَيْنَنَا ۚ وَهُوَ خَيْرُ الْحٰكِمِيْنَ ﴿۸۷﴾

৮৮। অদুগা নখোইগী খুৎপু অমনা (তশেংনা) থাজরবদি ঐঙোন্দা শীন্নদুনা থারকলিবা (পাওজেন) অদুদা, অমসুং নখোইগী খুৎপু অমনা থাজদ্রবদি, মওং মতাদুদা নখোই তঙাইযু অখাংকনবগা লোয়ননা অল্লাহনা ৱারেপ তাবিরক্তরিবা ফাওবা ঐখোইগী মরক্তা: করিননো হায়ববু অল্লাহদি খুাইদগী হেন্না ফবা ৱায়েল্লাকপনি।

সিপারহ ৯ ঃ কালল মলউ

قَالَ الْمَلَاُ الَّذِيْنَ اسْتَكْبَرُوْا مِنْ قَوْمِهٖ لَنُخْرِجَنَّكَ يٰشُعَيْبُ وَالَّذِيْنَ اٰمَنُوْا مَعَكَ مِنْ قَرْيَتِنَآ اَوْ لَتَعُوْدُنَّ فِیْ مِلَّتِنَا ؕ قَالَ اَوَلَوْ كُنَّا كٰرِهِيْنَ ﴿۸۸﴾

৮৯। মহাক্কী কাঙলুপকী অথোই-নাপলনবা লুচিংবশিংনা পাওখুমখি ঃ "ঐখোইনা শোয়দনমক তাথোকপিগনি নংবু, হে শুঐব! অমসুং নংগা লোয়ননা অচুম্বা থাজবশিংবুসু ঐখোইগী টাউন্দগী নত্তগা নখোই হল্লক্কদবনি ঐখোইগী ধর্ম্মদা।" (অদুদা) মহাকনা হায়খি ঃ (১) করি! ঐখোইনা পামদ্রবা ফাওবদা (মদু)?

قَدِ افْتَرَيْنَا عَلَى اللّٰهِ كَذِبًا اِنْ عُدْنَا فِيْ مِلَّتِكُمْ بَعْدَ اِذْ نَجّٰىنَا اللّٰهُ مِنْهَا ؕ وَمَا يَكُوْنُ لَنَاۤ اَنْ نَّعُوْدَ فِيْهَاۤ اِلَّاۤ اَنْ يَّشَآءَ اللّٰهُ رَبُّنَا ؕ وَسِعَ رَبُّنَا كُلَّ شَيْءٍ عِلْمًا ؕ عَلَى اللّٰهِ تَوَكَّلْنَا ؕ رَبَّنَا افْتَحْ بَيْنَنَا وَبَيْنَ قَوْمِنَا بِالْحَقِّ وَاَنْتَ خَيْرُ الْفٰتِحِيْنَ ۞

৯০। (২) তশেংবমক ঐখোই লৌনম তৌবা তাগনি অল্লাহদা, ঐখোইনা অমুক হনজল্লবদি নখোইগী ধর্ম্মদা, অল্লাহনা কনবিখ্রবদা ঐখোইবু মদুদগী। (৩) অদুগা ঐখোই অমুক হনজল্লরোই মদুদা, ঐখোইগী মপু, অল্লাহনা পাম্বা নত্রবদি। ঐখোইগী মপুনা খঙই পোৎ পুম্নমক মহাক্কী ত্থান্না। ঐখোইনা আশা তৌজে অল্লাহদা। ঐখোইগী মপুও! রা লেপ্পিয়ু নহাকমা ঐখোই অমসুং ঐখোইগী কাঙলুপকী মরক্তা অচুম্বগা লোয়ননা, অমসুং নহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না ফবা রা লেপ্পনি।

وَقَالَ الْمَلَاُ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا مِنْ قَوْمِهٖ لَئِنِ اتَّبَعْتُمْ شُعَيْبًا اِنَّكُمْ اِذًا لَّخٰسِرُوْنَ ۞

৯১। অদুগা মহাক্কী কাঙলুপকী লমফে খোঙফম্নবা লুচিংবশিংনা হায়খিঃ "(ফরে) নখোইনা শুঐববকী মতুং ইল্লবদি, নখোই তশেংবমক অমাঙবা খোঙফম্নরবশিংনি।"

فَاَخَذَتْهُمُ الرَّجْفَةُ فَاَصْبَحُوْا فِيْ دَارِهِمْ جٰثِمِيْنَ ۞

৯২। মরম অদুনা য়ুহার হাবনা লাঙ্গোয় চনখি মখোইবু অমসুং মখোই য়ৈহৎ-য়ৈহত্তুনা তারম্মী মখোইগী ময়ুমশিংদা।

الَّذِيْنَ كَذَّبُوْا شُعَيْبًا كَاَنْ لَّمْ يَغْنَوْا فِيْهَا ۛۚ اَلَّذِيْنَ كَذَّبُوْا شُعَيْبًا كَانُوْا هُمُ الْخٰسِرِيْنَ ۞

৯৩। শুঐববু মীনম্বনি হায়না মরাল শীখিবশিংদো ওইখি মখোই মফমদুদা ইলৈ-লৈরমখিদবগুম; শুঐববু মীনম্বনি হায়না মরাল শীখিবশিংদো—মখোই ওইরম্মী অমাঙবা খোঙফম্নখ্রবশিং।

فَتَوَلّٰى عَنْهُمْ وَقَالَ يٰقَوْمِ لَقَدْ اَبْلَغْتُكُمْ رِسٰلٰتِ رَبِّيْ وَنَصَحْتُ لَكُمْ ۚ فَكَيْفَ اٰسٰى عَلٰى قَوْمٍ كٰفِرِيْنَ ۞

৯৪। মরম অদুনা মহাকনা মমায় ওন্থোকখি মখোইদগী অমসুং হায়খিঃ হো ঐগী কাঙলুপ! তশেংবমক ঐনা থুংবিখি নখোইদা পাওজেনশিং ঐগী মপুগী অমসুং ঐনা পীখি নখোইদা অফবা পাওতাক; অদুনা হৌজিক ঐনা করি রানঙাই থোকই লমফে খোঙফম্নবা কাঙলুপকীদমক!

১২ শুবা রুকূ

وَمَاۤ اَرْسَلْنَا فِيْ قَرْيَةٍ مِّنْ نَّبِيٍّ اِلَّاۤ اَخَذْنَاۤ اَهْلَهَا بِالْبَاْسَآءِ وَالضَّرَّآءِ لَعَلَّهُمْ يَضَّرَّعُوْنَ ۞

৯৫। অদুগা ঐখোইনা কদৌনুংদসু থাখিদে নবী অমতা করিগুম্বা টাউন অমদা, মদুদা খুন্দারিবা মীশিংবু অরাবা অমসুং অনংবা শরুকনহন্নবগী

ثُمَّ بَدَّلْنَا مَكَانَ السَّيِّئَةِ الْحَسَنَةَ حَتّٰى عَفَوْا وَّ قَالُوْا قَدْ مَسَّ اٰبَآءَنَا الضَّرَّآءُ وَ السَّرَّآءُ فَاَخَذْنٰهُمْ بَغْتَةً وَّهُمْ لَا يَشْعُرُوْنَ ﴿٩٥﴾

নত্তুনা, অদুনা মখোইনা তোন্থহনজনবা মশামকপু।

৯৬। অদুগী তুংদা ঐখোইনা ওনবিখি (মখোইগী) ফত্তবা (ফিবম) অফবনা, অদুনা মখোই ওইরক্তরিবা ফাওবা লল্লোইবা অমসুং (মখোইনা) হায়খিঃ "অরাবা অমসুং নুংঙাইবা তশেংবমক থোকখ্রে ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংদ (সু) মরম অদুনা ঐখোইনা ফাবিখি মখোইবু ইখঙ-খঙহৌদনা, মখোইনা করিসু উহৌ-খঙহৌদবদা।

وَلَوْ اَنَّ اَهْلَ الْقُرٰٓى اٰمَنُوْا وَ اتَّقَوْا لَفَتَحْنَا عَلَيْهِمْ بَرَكٰتٍ مِّنَ السَّمَآءِ وَ الْاَرْضِ وَلٰكِنْ كَذَّبُوْا فَاَخَذْنٰهُمْ بِمَا كَانُوْا يَكْسِبُوْنَ ﴿٩٦﴾

৯৭। অদুগা টাউনশিং অদুদা লৈরম্বশিংনা অচুম্বা থাজরমখ্রবা অমসুং ধর্ম্ম কায়দবাওইরমলবদি, ঐখোইনা শোয়দনমক হাং- দোকপিরমগনি মখোইগীদমক্তা নুংঙাই য়াইফবা (পুম্নমক) কোরৌ নোংমদোলদগী অমসুং পৃথিবীদগী: তৌইগুম্বসুং মখোইনা থাজখিদে (ঐখোইগী পাওজেনশিং): মরম অদুনা ঐখোইনা ফাজনবিখি মখোইবু (চংলাক-হীরাক) মখোইনা কমায়খিবগী মতিক।

اَفَاَمِنَ اَهْلُ الْقُرٰٓى اَنْ يَّاْتِيَهُمْ بَاْسُنَا بَيَاتًا وَّهُمْ نَآئِمُوْنَ ﴿٩٧﴾

৯৮। শহরশিং অসিদা লৈরিবা মীশিংনা অকি-অখং লৈতব্রা ঐখোইগী রায়েল-চৈরাক লাক্কনি হায়বগী মখোইদা অহিং (ঈচিক হুম্লকপদা) মখোইনা তুমলিঙৈদা (তুঙ্গন হুন্থনা)?

اَوَ اَمِنَ اَهْلُ الْقُرٰٓى اَنْ يَّاْتِيَهُمْ بَاْسُنَا ضُحًى وَّهُمْ يَلْعَبُوْنَ ﴿٩٨﴾

৯৯। অদুগা টাউনশিংদা লৈরিবা মীশিংনা অকি-অখং লৈতব্রা ঐখোইগী রায়েল চৈরাক লাক্কনি হায়বগী মখোইদা অয়ুক চাকচমাংদা মখোইনা (নীঙঙাইদনা) শান্নরিঙৈদা?

اَفَاَمِنُوْا مَكْرَ اللّٰهِ فَلَا يَاْمَنُ مَكْرَ اللّٰهِ اِلَّا الْقَوْمُ الْخٰسِرُوْنَ ﴿٩٩﴾

১০০। মখোইবু অকি-অখং লৈতব্রা অল্লাহগী (লমল খুম্বগী) থৌরাংদা? মওং মতাদুদা কনাসু লৈতে কিদবা অল্লাগী থৌরাংদা নত্তুনা অমাঙবা লম্বীনখ্রবা মীশিং।

১৩ শুবা রুকূ

১০১। (হৌজিকসু) লমজিং (পারা) ফংদব্রা পৃথিবী স্বত্ব ফংহৌরিবা মীশিংনা (মমাংঙৈদা লৈরম্বা) মীরোনশিংগী মতুংদা মদুদি ঐখোইনা করিগুম্বা পামলমলবদি, ঐখোইনা পীরম্বা ওম্মি অরাবা মখোইবু মখোইগী মপাপকী অমসুং মোহর নমলম্বসু ওম্মি মখোইগী মথম্মোইশিং অদুনা মখোইনা ইতা-তাদনবা (ধর্ম্মগী পাওতাক) ?

اَوَ لَمْ يَهْدِ لِلَّذِيْنَ يَرِثُوْنَ الْاَرْضَ مِنْۢ بَعْدِ اَهْلِهَاۤ اَنْ لَّوْ نَشَآءُ اَصَبْنٰهُمْ بِذُنُوْبِهِمْ ۚ وَنَطْبَعُ عَلٰى قُلُوْبِهِمْ فَهُمْ لَا يَسْمَعُوْنَ ﴿١٠١﴾

১০২। টাউন খরগী ঈ-পাও ঐখোইনা লীবিখ্রে নংঙোন্দা। অদুগা মখোইগী রসুলশিং থাঙ্গৈমকশেংনা লাকখি মখোইদা তশেংবা খুদমশিংগা লোয়ননা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা থাজখিদে মখোইনা হান্না য়াখিদ্রবদুদা। অসুম্না অল্লাহনা মোহর নমবিখ্রে মথম্মোইশিং লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী।

تِلْكَ الْقُرٰى نَقُصُّ عَلَيْكَ مِنْ اَنْۢبَآئِهَا ۚ وَلَقَدْ جَآءَتْهُمْ رُسُلُهُمْ بِالْبَيِّنٰتِ ۚ فَمَا كَانُوْا لِيُؤْمِنُوْا بِمَا كَذَّبُوْا مِنْ قَبْلُ ۚ كَذٰلِكَ يَطْبَعُ اللّٰهُ عَلٰى قُلُوْبِ الْكٰفِرِيْنَ ﴿١٠٢﴾

১০৩। অদুগা ঐখোইনা ফংখিদে মখোই অয়াম্বদা (থৌবাংবা) করার তৌনবদা; অমসুং ঐখোইনা ফংখি মখোই অয়াম্বা ফত্তরম লম্বীনবশিং ওইনা।

وَمَا وَجَدْنَا لِاَكْثَرِهِمْ مِّنْ عَهْدٍ ۚ وَاِنْ وَّجَدْنَاۤ اَكْثَرَهُمْ لَفٰسِقِيْنَ ﴿١٠٣﴾

১০৪। অদুগী তুংদা, মখোইগী মতুং (কয়া) দা, ঐখোইনা থাবিখি মুসাবু লোয়ননা ঐখোইগী খুদমশিংগা ফিরঔন অমসুং মহাক্কী অঙম্বশিংদা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা লান্না তৌবিখি মখোইবু। য়েংউ অদুগী মতুংইন্না, করি পোল্লোই থোকখিবা ফত্তনবা শীনবা মীশিংদুগী।

ثُمَّ بَعَثْنَا مِنْۢ بَعْدِهِمْ مُّوْسٰى بِاٰيٰتِنَاۤ اِلٰى فِرْعَوْنَ وَمَلَا۟ئِهٖ فَظَلَمُوْا بِهَا ۚ فَانْظُرْ كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الْمُفْسِدِيْنَ ﴿١٠٣﴾

১০৫। অদুগা মুসানা হায়খিঃ হে ফিরঔন! থাঙ্গৈশেংবমক ঐসে রসুল অমনি সংসার পুম্নমক্কী মপুদগী,

وَقَالَ مُوْسٰى يٰفِرْعَوْنُ اِنِّيْ رَسُوْلٌ مِّنْ رَّبِّ الْعٰلَمِيْنَ ﴿١٠٤﴾

১০৬। মতিক চপ চাবনি করিমতা হায়দবনা অল্লাহগী মরমদা নত্তনা অচুম্বা। ঐ তশেংনমক লাকলবনি নখোইদা তশেং-তশেংবা দলিলগা

حَقِيْقٌ عَلٰۤى اَنْ لَّاۤ اَقُوْلَ عَلَى اللّٰهِ اِلَّا الْحَقَّ ؕ قَدْ جِئْتُكُمْ

بِبَيِّنَةٍ مِّنْ رَّبِّكُمْ فَأَرْسِلْ مَعِيَ بَنِيٓ إِسْرَآءِيلَ ﴿١٠٥﴾

লোয়ননা নখোইগী মপুদগী: মরম অদুনা থাবিয়ু ইস্রাঈল মচাশিংবু ঐগা লোয়নহনবিদুনা।

قَالَ إِن كُنتَ جِئْتَ بِـَٔايَةٍ فَأْتِ بِهَآ إِن كُنتَ مِنَ الصَّٰدِقِينَ ﴿١٠٦﴾

১০৭। ফিরঔন্না হায়খি: নংনা লাকলবদি খুদমগা লোয়ননা, পুথোরক ও মদু নংনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।

فَأَلْقَىٰ عَصَاهُ فَإِذَا هِيَ ثُعْبَانٌ مُّبِينٌ ﴿١٠٧﴾

১০৮। মরম অদুনা মহাকনা লংথোকখি মহাক্কী পায়না-চৈশু, মতমদুদা য়েংউ! মদু ওইখি তশেং-তশেংবা লিন অমা;

وَنَزَعَ يَدَهُۥ فَإِذَا هِيَ بَيْضَآءُ لِلنَّٰظِرِينَ ﴿١٠٨﴾

১০৯। অমসুং মহাকনা তিংথোকলম্মী মহাক্কী মখুৎ, অদুদা য়েংউ! মদু (উনগুম) ঙৌশ্রোক ঙৌনা উখি অয়েংবশিংদা।

১৪ শুবা রুকূ

قَالَ الْمَلَأُ مِن قَوْمِ فِرْعَوْنَ إِنَّ هَٰذَا لَسَٰحِرٌ عَلِيمٌ ﴿١٠٩﴾

১১০। ফিরঔনগী কাঙলুপকী লুচিংবশিংনা হায়খি (মখোই মশেলদা): "তশেংবমক (নিপা) অসিদি হৈ-শিংখ্রবা জাদুগরনি,

يُرِيدُ أَن يُخْرِجَكُم مِّنْ أَرْضِكُمْ فَمَاذَا تَأْمُرُونَ ﴿١١٠﴾

১১১। "মহাকনা তাথোকপিনীঙই নখোইবু নরমদমদগী। (হৌজিক) নখোই করি পাওতাক পীগে হায়রিবা?"

قَالُوٓا۟ أَرْجِهْ وَأَخَاهُ وَأَرْسِلْ فِي الْمَدَآئِنِ حَٰشِرِينَ ﴿١١١﴾

১১২। মখোই (পুন্না) পাওখুমখি: "মতম খরা য়োথোক্কুনা থমখো মহাকপু অমসুং মহাক্কী ময়াম্ববু, অমসুং থাবিয়ু পাও লাউথোক্কুবা মীশিং শহরশিংদা,

يَأْتُوكَ بِكُلِّ سَٰحِرٍ عَلِيمٍ ﴿١١٢﴾

১১৩। "পুরক্কুবা নংঙোন্দা মহৈ য়াম্না হৈবা জাদুগর পুম্নমক।"

وَجَآءَ السَّحَرَةُ فِرْعَوْنَ قَالُوٓا۟ إِنَّ لَنَا لَأَجْرًا إِن كُنَّا نَحْنُ الْغَٰلِبِينَ ﴿١١٣﴾

১১৪। অদুগা (অফাওবা) জাদুগরশিং লাকখি ফিরঔন্দা (অমসুং) হায়খি: "ঐখোই শোয়দনমক ফংলগনি মনা-মথিন, ঐখোইনা জয় ওইরবদি।"

قَالَ نَعَمْ وَإِنَّكُمْ لَمِنَ الْمُقَرَّبِينَ ﴿١١٤﴾

১১৫। ফিরঔন্না হায়বিখি: "হোই, অমসুং (অদুগী মথক্তা) নখোই ওইগনি (ঐগী) ইনাক নকপশিং।"

১১৬। মখোইনা হায়খি ঃ "হে মুসা! নং (হান্না) হুনগেরা নত্তগা ঐখোইবু হান্না হল্লু হায়ব্রা ?"

قَالُوا يٰمُوسٰى إِمَّا أَنْ تُلْقِيَ وَإِمَّا أَنْ نَكُونَ نَحْنُ الْمُلْقِينَ ۝١١٥

১১৭। মুসানা হায়খি ঃ "নখোই (হান্না) হুল্লু।" অদুগা মখোইনা হুনখিবগা (মখোইগী চৈশুশিং), মখোইনা শুমহৎপিখ্রে (অয়েংবা) মীশিংগী মমিৎশিং অমসুং অঙকপগা লোয়ননা কিহনবিখি মখোইবু, অমসুং মখোইনা পুথোকখি অচৌবা ইন্দ্রজাল অমা।

قَالَ أَلْقُوا ۚ فَلَمَّا أَلْقَوْا سَحَرُوا أَعْيُنَ النَّاسِ وَاسْتَرْهَبُوهُمْ وَجَاءُوا بِسِحْرٍ عَظِيمٍ ۝١١٦

১১৮। অদুগা ঐখোইনা তাকপিখি মুসাদা ঃ "(হৌজিক) লংথোকও নংগী পাব্রনা-চৈশু ;" অদুগী মতমদা য়েংউ! মদুনা (লিনজাও অমা ওল্লগা) কুৎ কুৎ য়োৎখি মখোইনা জাল তৌদুনা পুথোকখিবা খুদিংমক।

وَأَوْحَيْنَا إِلٰى مُوسٰى أَنْ أَلْقِ عَصَاكَ ۖ فَإِذَا هِيَ تَلْقَفُ مَا يَأْفِكُونَ ۝١١٧

১১৯। মরম অদুনা অচুম্বা প্রমাণ ওইখ্রে, অমসুং মখোইগী পুথোকখিবা পুম্নমক অরেম্বদা তাখি।

فَوَقَعَ الْحَقُّ وَبَطَلَ مَا كَانُوا يَعْمَلُونَ ۝١١٨

১২০। (ফিরঔন কাঙবু) মখোই মায়থীবা ফংখ্রে মফমদুদা, অমসুং মখোই হনখ্রে ঈকাই ফিরুক খুমদুনা।

فَغُلِبُوا هُنَالِكَ وَانْقَلَبُوا صٰغِرِينَ ۝١١٩

১২১। অদুগা জাদু রালাশিংদুনা দণ্ডবৎ তৌজখি—

وَأُلْقِيَ السَّحَرَةُ سٰجِدِينَ ۝١٢٠

১২২। অমসুং মখোইনা হায়খি ঃ "ঐখোই (তশেংনা) থাজরে জগৎ পুম্নমক্কী মপুদা,

قَالُوا آمَنَّا بِرَبِّ الْعٰلَمِينَ ۝١٢١

১২৩। "মুসা অমসুং হারুনগী মপুদা।"

رَبِّ مُوسٰى وَهٰرُونَ ۝١٢٢

১২৪। ফিরঔন্না হায়খি ঃ নখোই থাজখ্রে মহাকপু ঐনা পীদরিঙৈদা ইয়াথং! তশেংনমক নখোই লৌতুনদুনা শরৌ শীন্নখিবনি শহর অসিদা, অদুনা নখোইনা তাথোক্নবা মসিদা লৈবা মীশিংবু, তৌইগুম্বসুং নখোই থুনা খঙগনি তুং-তাবা মহে।

قَالَ فِرْعَوْنُ آمَنْتُمْ بِهِ قَبْلَ أَنْ آذَنَ لَكُمْ ۖ إِنَّ هٰذَا لَمَكْرٌ مَكَرْتُمُوهُ فِي الْمَدِينَةِ لِتُخْرِجُوا مِنْهَا أَهْلَهَا ۖ فَسَوْفَ تَعْلَمُونَ ۝١٢٣

১২৫। "ঐনা শোয়দনমক ককথৎপিগনি নখোইগী নখুৎশিং অমসুং নখোঙশিং নাকল

لَأُقَطِّعَنَّ أَيْدِيَكُمْ وَأَرْجُلَكُمْ مِنْ خِلَافٍ ثُمَّ لَأُصَلِّبَنَّكُمْ

أَجْمَعِينَ ﴿١٢٤﴾

অমমমদা ওন্ন-ওন্ননা (নখোইনা য়াথং হীকতোক-খিবগী), মসিগী মতুংদা ঐনা য়ানবিগনি ক্রোশদা নখোই পুম্নমক!”

قَالُوا إِنَّا إِلَىٰ رَبِّنَا مُنقَلِبُونَ ﴿١٢٥﴾

১২৬। মখোইনা পাওখুমখিঃ “ভশেংবমক ঐখোই হনজনগনি ঐখোইগী মপুদা।

وَمَا تَنقِمُ مِنَّا إِلَّا أَنْ آمَنَّا بِآيَاتِ رَبِّنَا لَمَّا جَاءَتْنَا ۚ رَبَّنَا أَفْرِغْ عَلَيْنَا صَبْرًا وَتَوَفَّنَا مُسْلِمِينَ ﴿١٢٦﴾ ع

১২৭। “অদুগা নহাকনা লমল লৌই ঐখোইবু মরমদি ঐখোইনা (ভশেংনা) থাজখিবদগীনি ঐখোইগী মপুগী 'খুদমশিংদা মখোইনা লাকখিরদা ঐখোইদা। (মরম অসিনা ঐখোইনা নীজরিঃ) ঐখোইগী মপুও! পীনবিয়ু ঐখোইদা অখাংকনবা অমসুং শিহনবিয়ু ঐখোইবু মুসলিমশিং ওইনা।”

## ১৫ শুবা রুকূ

وَقَالَ الْمَلَأُ مِن قَوْمِ فِرْعَوْنَ أَتَذَرُ مُوسَىٰ وَقَوْمَهُ لِيُفْسِدُوا فِي الْأَرْضِ وَيَذَرَكَ وَآلِهَتَكَ ۚ قَالَ سَنُقَتِّلُ أَبْنَاءَهُمْ وَنَسْتَحْيِي نِسَاءَهُمْ وَإِنَّا فَوْقَهُمْ قَاهِرُونَ ﴿١٢٧﴾

১২৮। অদুগা ফিরঔনগী কাঙলুপকী লুচিং-বশিংনা (তীং শোক্লদুনা) হায়খিঃ “ইনিংথৌনা কংথা-থাদোকপিরগে হায়রিব্রা মুসা অমসুং মহাক্কী কাঙলুপবু কাংখোং চায়হন্নবা ইরমদমদা অমসুং লংশেকহন্নবা ইবু'ঙোবু অমসুং ইবুংঙোগী লাইশিংবু?” মহাকনা পাওখুম্বিখিঃ ঐ...না হাৎপিগনি মখোইগী মচা পিবাশিংবু অমসুং খাকপিগনি মখোইগী নুপীশিংবু অমসুং “ঐখোইনা ভশেংবমক পাল্লিবনি মখোইগী মথক থোংনা।”

قَالَ مُوسَىٰ لِقَوْمِهِ اسْتَعِينُوا بِاللَّهِ وَاصْبِرُوا ۖ إِنَّ الْأَرْضَ لِلَّهِ يُورِثُهَا مَن يَشَاءُ مِنْ عِبَادِهِ ۖ وَالْعَاقِبَةُ لِلْمُتَّقِينَ ﴿١٢٨﴾

১২৯। মুসানা হায়খি মহাক্কী কাঙলুপদাঃ “নখোই নীজৌ মতেং অল্লাহদগী অমসুং অখাংকল্লু। থাঙ্গৈশেংবমক পৃথিবীসি অল্লাহগীনি; মহাকনা পীবি মসি স্বত্ব ওইনা মহাক্কী অচানবা (মতিকচাবা) মনাইশিংদা। অদুগা (অফবা) পোল্লোইদি ধর্ম্ম কায়দবশিংগীনি।”

قَالُوا أُوذِينَا مِن قَبْلِ أَن تَأْتِيَنَا وَمِن بَعْدِ مَا جِئْتَنَا ۚ قَالَ عَسَىٰ رَبُّكُمْ أَن يُهْلِكَ عَدُوَّكُمْ وَ

১৩০। (ইস্রাঈলশিং) মখোইনা হায়খিঃ “ঐখোইবু থীনা ওৎ-নৈবিখি নহাক লাক্তরিঙৈ মমাংদা ঐখোইদা অমসুং নহাকনা লাকখ্রবা মতুংদা ঐখোইদা!” মহাকনা হায়বিখিঃ “অসুম

يَسْتَخْلِفَكُمْ فِي الْأَرْضِ فَيَنْظُرَ كَيْفَ تَعْمَلُونَ ۝

খোকলবসু য়াই মদুদি নখোইগী মপুনা মাঙহন-বিগনি নখোইগী য়েক্লবশিং অমসুং শেম্বিগনি নখোইবু লৈঙাকপা মালেমদা, অদুনা মহাকনা য়েংবিগনি নখোইনা (ধর্ম্ম খোঙফমদা) করম্বা শাজৎ চৎপা।

১৬ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ أَخَذْنَا آلَ فِرْعَوْنَ بِالسِّنِينَ وَنَقْصٍ مِّنَ الثَّمَرَاتِ لَعَلَّهُمْ يَذَّكَّرُونَ ۝

১৩১। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা লাঙ্গোয় চনবিখি ফিরঔনগী মীশিংবু নোং চুহন্দদুনা অমসুং মহে-মরোংশিং ৱাৎনা থোকহনবিদুনা, অদুনা মখোইনা ৱাখল তৌজনবা।

فَإِذَا جَاءَتْهُمُ الْحَسَنَةُ قَالُوا لَنَا هَٰذِهِ ۖ وَإِن تُصِبْهُمْ سَيِّئَةٌ يَطَّيَّرُوا بِمُوسَىٰ وَمَن مَّعَهُ ۗ أَلَا إِنَّمَا طَائِرُهُمْ عِندَ اللَّهِ وَلَٰكِنَّ أَكْثَرَهُمْ لَا يَعْلَمُونَ ۝

১৩২। অদুনা মখোইদা অফবা থোরকপদা, মখোইনা হায়খি ঃ "মসি ঐখোইগী তৌজমল মতিকনি ;" তৌইগুম্বসুং মখোইদা ফত্তবা থোরকপদা, মখোইনা থৈজিনখি মদু লাইবক-থীবদা মুসাগী অমসুং মহাক্কা লোয়নব্শিংগী। (য়েংউ!) তশেংবমক মখোইগী লাইবকথীবগী (মরমদি) লৈ অল্লাহগী মনাক্তা, তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা খঙদে।

وَقَالُوا مَهْمَا تَأْتِنَا بِهِ مِنْ آيَةٍ لِّتَسْحَرَنَا بِهَا فَمَا نَحْنُ لَكَ بِمُؤْمِنِينَ ۝

১৩৩। অদুগা মখোইনা হায়খি ঃ "নংনা পুরকপা খুদমমখে ঐখোইদা মদুনা ঐখোইবু মিন্তুংনবতা থোকপনা, ঐখোইনা থাজরোই নহাকপু।"

فَأَرْسَلْنَا عَلَيْهِمُ الطُّوفَانَ وَالْجَرَادَ وَالْقُمَّلَ وَالضَّفَادِعَ وَالدَّمَ آيَاتٍ مُّفَصَّلَاتٍ فَاسْتَكْبَرُوا وَكَانُوا قَوْمًا مُّجْرِمِينَ ۝

১৩৪। মরম অদুনা ঐখোইনা থাবিখি মখোইদা ঈশিং ঈচাও অমসুং কৌজেং অমসুং হীক অমসুং হঙোইশিং অমসুং (ঈশিংবু) ঈ (ওলহনবা)— তশেংবা খুদমশিংনি। অদুগী মতমদা মখোই অথোই-নাপলনখি অমসুং ওইখি পাপচেনবা মীশিং।

وَلَمَّا وَقَعَ عَلَيْهِمُ الرِّجْزُ قَالُوا يَا مُوسَى ادْعُ لَنَا رَبَّكَ بِمَا عَهِدَ عِندَكَ ۖ لَئِن كَشَفْتَ عَنَّا الرِّجْزَ لَنُؤْمِنَنَّ

১৩৫। অদুগা ৱায়েল-চৈরাক তারবা মতমদা মখোইগী মথক্তা, মখোইনা (হন্না-হন্না) হায়জখি ঃ "হে মুসা! দুআ তৌবিয়ু ঐখোইগীদমক্তা নংগী মপুদা, মহাকনা ৱাশকপিখিবগী মতুংইন্না নংঙোন্দা। নংনা লৌথোকপিরবদি ঐখোইদগী

لَكَ وَلَنُرْسِلَنَّ مَعَكَ بَنِيٓ إِسْرَآءِيلَ ﴿١٣٤﴾

রায়েল-চৈরাক, ঐখোই শোয়দনমক থাজগনি নহাকপু অমসুং ঐখোইনা শোয়দনমক চৎহন-বিগনি ইস্রাঈল মচাশিংবু নংগা লোয়ননা।"

فَلَمَّا كَشَفْنَا عَنْهُمُ الرِّجْزَ إِلَىٰٓ أَجَلٍ هُم بَٰلِغُوهُ إِذَا هُمْ يَنكُثُونَ ﴿١٣٥﴾

১৩৬। অদুগী মতুংইন্না ঐখোইনা লৌথোকপিখি মখোইদগী রায়েল-চৈরাকদু অরেম্পা মতম অমগী মদুগী মিঁআদ লোয়দরিঙেদা, য়েংউ! মখোইনা থুগায়খি মখোইগী ৱাশক।

فَانتَقَمْنَا مِنْهُمْ فَأَغْرَقْنَٰهُمْ فِي الْيَمِّ بِأَنَّهُمْ كَذَّبُوا بِـَٔايَٰتِنَا وَكَانُوا عَنْهَا غَٰفِلِينَ ﴿١٣٦﴾

১৩৭। মরম অদুনা ঐখোইনা লমল খুম্বিখি মখোইবু অমসুং ঈরাকশিনহনবিখি মখোইবু সমুদ্র ঈপাক্তা, মরমদি মখোইনা য়াখিদে ঐখোইগী খুদমশিংবু অমসুং থওই উশিৎখিদে মদুবু।

وَأَوْرَثْنَا الْقَوْمَ الَّذِينَ كَانُوا يُسْتَضْعَفُونَ مَشَٰرِقَ الْأَرْضِ وَمَغَٰرِبَهَا الَّتِي بَٰرَكْنَا فِيهَا ۖ وَتَمَّتْ كَلِمَتُ رَبِّكَ الْحُسْنَىٰ عَلَىٰ بَنِيٓ إِسْرَآءِيلَ بِمَا صَبَرُوا ۖ وَدَمَّرْنَا مَا كَانَ يَصْنَعُ فِرْعَوْنُ وَقَوْمُهُۥ وَمَا كَانُوا يَعْرِشُونَ ﴿١٣٧﴾

১৩৮। অদুগা ঐখোইনা স্বত্ব ফংহনবিখি অশোনবনি হায়না খন্নরম্বা কাঙলুপদু নোংপোকথংবা শরুক (ৱাশকপিখিবা অশেংবা) লমগী অমসুং নোংচুপথংবা শরুকসু মদুগী, অদুগুম্বা লমদু ঐখোইনা য়াইফবা শরুক্লহনবিখি অদুগা অফবা ৱাহৈ নংগী মপুগী পুরা তৌবিখ্রে ইস্রাঈল মচাশিংদা মরমদি মখোই অখাংকনখি। অদুগা ঐখোইনা তাক-তুমহনবিখি ফিরঔন অমসুং মহাক্কী মীশিংনা শেমলম্বা (পুম্নমক) অমসুং মখোইনা শাগৎলম্বশিং।

وَجَٰوَزْنَا بِبَنِيٓ إِسْرَآءِيلَ الْبَحْرَ فَأَتَوْا عَلَىٰ قَوْمٍ يَعْكُفُونَ عَلَىٰٓ أَصْنَامٍ لَّهُمْ ۚ قَالُوا يَٰمُوسَى اجْعَل لَّنَآ إِلَٰهًا كَمَا لَهُمْ ءَالِهَةٌ ۚ قَالَ إِنَّكُمْ قَوْمٌ تَجْهَلُونَ ﴿١٣٨﴾

১৩৯। অদুগা ঐখোইনা পুবিখি ইস্রাঈল মচাশিংবু সমুদ্র ৱাংমদা, অদুগী তুংদা মখোইনা থেংনখি মী কাঙবু অমা মখোইদু ঈরাৎলম্মী মখোইগী লাইগী মূর্তিশিং। মখোইনা হায়খিঃ "হে মুসা! শাবিয়ু ঐখোইগীদমক লাই অমা মখোইগী লাইগুম্বা।" মহাকনা পাওখুম্বিখিঃ "তশেংবমক নখোইসি অপঙ ঙাইওইনবা কাঙলুপনি।

إِنَّ هَٰٓؤُلَآءِ مُتَبَّرٌ مَّا هُمْ فِيهِ وَبَٰطِلٌ مَّا كَانُوا يَعْمَلُونَ ﴿١٣٩﴾

১৪০। "তশেংবমক, মীশিংশিনা পুকনিং হুরিবা পুম্নমকসি মাঙহনবিগ্নগনি অমসুং মখোইনা তৌরিবা পুম্নমকসু করিসু কান্নদবনি।"

قَالَ أَغَيْرَ اللَّهِ أَبْغِيكُمْ إِلَٰهًا وَهُوَ فَضَّلَكُمْ عَلَى

১৪১। মহাকনা (মখা শমথদুনা) হায়বিখিঃ

“করি! ঐনা থিসিরা নখোইগীদমক লাই অমা হেন্দোক্লা অল্লাহদগী, মহাকনা
চেংলৌ নশক ওইহনবিখ্রবদা নখোইবু জাতি পুম্নমক্কী মথক থোংনা।

الْعٰلَمِيْنَ ﴿١٤٠﴾

১৪২। অদুগা (নীংশিঙঙু মতমদু) ঐখোইনা কনবিখি নখোইবু ফিরঔনগী মীশিংদগী মখোইনা শাথীনা ওৎ-নৈবিখি নখোইবু, হাৎপিদুনা নচা পিবাশিং অমসুং খাকপিদুনা নখোইগী মোমনু নুজা ওইবীশিংবু। অদুগা মদু অচৌবা চাংয়েংনি নখোইগী মপুগী মায়কৈদগী।

وَاِذْ اَنْجَيْنٰكُمْ مِّنْ اٰلِ فِرْعَوْنَ يَسُوْمُوْنَكُمْ سُوْٓءَ الْعَذَابِ ۚ يُقَتِّلُوْنَ اَبْنَآءَكُمْ وَيَسْتَحْيُوْنَ نِسَآءَكُمْ ۗ وَفِيْ ذٰلِكُمْ بَلَآءٌ مِّنْ رَّبِّكُمْ عَظِيْمٌ ﴿١٤١﴾

১৭ শুবা রুকূ

১৪৩। অদুগা ঐখোইনা তৌবিখি ৱাশক মুসাদা অহিং কুপ্থা অমসুং পুরা তৌবিখি মদু (অহিং) তরা (অমুক) হাপচনবিদুনা, অদুনা মহাক্কী মপুগা (কোরৌ নোংলেনখিবগী) লেপখিবা মতমদু পুরা ওইখি অহিং নিফুদা। অদুগা মুসানা হায়খি ময়াম্বা হারুনদা ঃ “(ঐনা চখোকখরিঙৈদা) নং ওইযু ঐগী মহুৎ ঐগী কাঙলুপদা অমসুং থবক ফজনা শীল্লু (মখোইবু) অমসুং ইনগনু হৈনবী থবক মতৌ লমকেৎ-লমহাইবশিংগী।

وَوٰعَدْنَا مُوْسٰى ثَلٰثِيْنَ لَيْلَةً وَّاَتْمَمْنٰهَا بِعَشْرٍ فَتَمَّ مِيْقَاتُ رَبِّهٖٓ اَرْبَعِيْنَ لَيْلَةً ۚ وَقَالَ مُوْسٰى لِاَخِيْهِ هٰرُوْنَ اخْلُفْنِيْ فِيْ قَوْمِيْ وَاَصْلِحْ وَلَا تَتَّبِعْ سَبِيْلَ الْمُفْسِدِيْنَ ﴿١٤٢﴾

১৪৪। অদুগা মুসানা লাকখিবা মতমদা ঐখোইগা (উননবগী) লেপ্নখিবা মতমদা অমসুং মহাক্কী মপুনা ৱা ঙাঙখিবদা (হাকথেংননা) মঙোন্দা, মহাকনা হায়খি ঃ “ঐগী মপুও! ঐবু উহনবিয়ু নহাক্কী চেংলৌ অপানবা অদুনা ঐ (ইমিৎ থিংনা) য়েংজগে।” অল্লাহনা হায়বিখি ঃ “নংনা কদৌনুংদসু ঙমলোই (চুম্না) উবা ঐবু, তৌইগুম্বসুং য়েংঙু চীং অসিদা, অদুগী মতমদা মসিনা লৈরবদি মফম লেঙদনা, নংনা উবা ফংগনি ঐবু।” মরম অদুনা মহাক্কী মপুনা তশেংনা উৎলকপদা মহাক্কী মঙাল চীংথক অদুদা, মহাকনা মচেৎ-মচেৎ থুগায়বিখ্রে মদুবু অমসুং মুসানা ৱান্থদুনা তুথখ্রে (মালেমথক্তা)। অদুগী তুংদা

وَلَمَّا جَآءَ مُوْسٰى لِمِيْقَاتِنَا وَكَلَّمَهٗ رَبُّهٗ ۙ قَالَ رَبِّ اَرِنِيْٓ اَنْظُرْ اِلَيْكَ ۗ قَالَ لَنْ تَرٰىنِيْ وَلٰكِنِ انْظُرْ اِلَى الْجَبَلِ فَاِنِ اسْتَقَرَّ مَكَانَهٗ فَسَوْفَ تَرٰىنِيْ ۚ فَلَمَّا تَجَلّٰى رَبُّهٗ لِلْجَبَلِ جَعَلَهٗ دَكًّا وَّخَرَّ مُوْسٰى صَعِقًا ۚ فَلَمَّآ اَفَاقَ قَالَ سُبْحٰنَكَ تُبْتُ اِلَيْكَ وَاَنَا اَوَّلُ

الْمُؤْمِنِينَ ﴿١٤٣﴾

মহাকনা জ্ঞান তারকপা মতমদা, মহাকনা হায়খি ঃ "নহাক্তি অশেংবনি! ঐনা ওনশনজরি নংঙোন্দা নুংঙাইতবা ফোংদোকচদুনা অমসুং ঐনা খ্বাইদগী অহানবনি (অচুম্বা) থাজবশিংগী।"

قَالَ يٰمُوسَىٰٓ إِنِّي اصْطَفَيْتُكَ عَلَى النَّاسِ بِرِسٰلٰتِي وَبِكَلٰمِي فَخُذْ مَآ ءَاتَيْتُكَ وَكُن مِّنَ الشّٰكِرِينَ ﴿١٤٤﴾

১৪৫। অল্লাহনা তাকপিখি ঃ "হে মুসা! ঐনা খনগৎপিখ্রে নংবু (নংগী মতমগী) মীশিংগী মথক থোংনা ঐগী পাওজেনশিং (নংঙোন্দা শীন্নবিদুনা) অমসুং ঐনা রা ঙাঙবিদুনা (নংঙোন্দা হাকথেংননা)। মরম অদুনা নং লৌশিল্লু (রাপাওশিং) ঐনা পীখিবদু নংঙোন্দা অমসুং ওইয়ু (অমা) তৌব্রিমল খঙবশিংগী।"

وَكَتَبْنَا لَهُۥ فِي الْأَلْوَاحِ مِن كُلِّ شَيْءٍ مَّوْعِظَةً وَتَفْصِيلًا لِّكُلِّ شَيْءٍ فَخُذْهَا بِقُوَّةٍ وَأْمُرْ قَوْمَكَ يَأْخُذُوا بِأَحْسَنِهَا سَأُورِيكُمْ دَارَ الْفٰسِقِينَ ﴿١٤٥﴾

১৪৬। অদুগা ঐখোইনা হীবিখি মহাক্কীদমক্তা কোর্বাকশিংদা পাওতাক অমসুং শন্দোকপা মরোন পোৎ পুম্নমক্কী। (ঐখোইনা অসুম্না য়াথংনবিখি ঃ) "মরম অদুনা চেৎনা পায়য়ু পুম্নমকসি অমসুং হুকুম পীয়ু নংগী মীশিংদা ঃ ইল্লু মদুদা তাকলিবা অফবশিংদু। ঐনা থুনা উহনবিগনি নংঙোন্দা লৈফম লমহেন-বশিংগী।"

سَأَصْرِفُ عَنْ ءَايٰتِيَ الَّذِينَ يَتَكَبَّرُونَ فِي الْأَرْضِ بِغَيْرِ الْحَقِّ وَإِن يَرَوْا كُلَّ ءَايَةٍ لَّا يُؤْمِنُوا بِهَا وَإِن يَرَوْا سَبِيلَ الرُّشْدِ لَا يَتَّخِذُوهُ سَبِيلًا وَإِن يَرَوْا سَبِيلَ الْغَيِّ يَتَّخِذُوهُ سَبِيلًا ذٰلِكَ بِأَنَّهُمْ كَذَّبُوا بِـَٔايٰتِنَا وَكَانُوا عَنْهَا غٰفِلِينَ ﴿١٤٦﴾

১৪৭। ঐনা মমায় ওথোক্তুনা লৈহনবিগনি ঐগী পাওজেনশিংদগী ইচুম-চুমদনা নাপল লুথোংন-বশিংদো লৈবাকসিদা। অদুগা মখোইনা করিগুম্বা উরগসু খুদম খুদিং, মখোই থাজবা তৌরোই মদুদা; অমসুং মখোইনা করিগুম্বা উরগসু অচুম্বগী লম্বীদু, মখোইনা লৌরোই মদু (মখোইগী) লম্বী ওইনা; তৌইগুম্বসুং মখোইনা উরবদি অরানবগী লম্বী, মখোইনা খোঙফম্নগনি মদু (মখোইগী) লম্বী ওইনা। মদুগী মরমদি মখোইনা য়াদে ঐখোইগী পাওজেনশিং অমসুং করিসু উশিল্তে মখোইবু।

وَالَّذِينَ كَذَّبُوا بِـَٔايٰتِنَا وَلِقَآءِ الْءَاخِرَةِ حَبِطَتْ أَعْمٰلُهُمْ

১৪৮। অদুগা য়াদবশিংদো ঐখোইগী পাওজেনশিং অমসুং উনগনি হায়বদা আখেরত—মখোইগী থবকশিং অরেম্বনি।

মখোইনা আশা তৌব্রা মনা-মথিন

هَلْ يُجْزَوْنَ إِلَّا مَا كَانُوا يَعْمَلُونَ ﴿١٤٧﴾

ফংগনি হায়না মখোইনা তৌজরকপা (কমায়) গী নত্তনা?

১৮ শুবা রুকূ

وَاتَّخَذَ قَوْمُ مُوسَىٰ مِنْ بَعْدِهِ مِنْ حُلِيِّهِمْ عِجْلًا جَسَدًا لَّهُ خُوَارٌ ۚ أَلَمْ يَرَوْا أَنَّهُ لَا يُكَلِّمُهُمْ وَلَا يَهْدِيهِمْ سَبِيلًا ۘ اتَّخَذُوهُ وَكَانُوا ظَالِمِينَ ﴿١٤٨﴾

১৪৯। অদুগা মুসাগী মীশিংনা, মহাকনা (সিনাই চীংথক্তা কাখিদুনা) লৈতবা মতমদা, শাখি ষণনাও অমা মখোইগী লৈতেংশিংনা, মদু (মথরাই য়াওদবনি) মো খোংবনি। মখোইনা উখিদব্রা মদুনা ব্রা ঙাঙখিদে মখোইদা, নত্তগা লমজিংবসু ঙমখিদে মখোইবু করিগুম্বা লম্বী অমদা? মখোইনা লৌখি মদু (ঈরাৎনবগী) অমসুং মখোই ওইখি অরানবা লম্বীনবশিং।

وَلَمَّا سُقِطَ فِي أَيْدِيهِمْ وَرَأَوْا أَنَّهُمْ قَدْ ضَلُّوا قَالُوا لَئِن لَّمْ يَرْحَمْنَا رَبُّنَا وَيَغْفِرْ لَنَا لَنَكُونَنَّ مِنَ الْخَاسِرِينَ ﴿١٤٩﴾

১৫০। তৌইগুম্বসুং মখোইনা তৌরুবগী নুংনাংখি অমসুং উখি মখোই থাঙৈমকশেংনা লম্মুক্লখ্রে হায়বা, (অদুদা) মখোইনা হায়খিঃ "ঐখোইগী মপুনা নুংশিবিদ্রবদি ঐখোইবু অমসুং য়োনজ-কোকপিদ্রবদি ঐখোইবু, ঐখোই শোয়দনমক তিনখ্রগনি অমাঙবশিংগী মরক্তা।"

وَلَمَّا رَجَعَ مُوسَىٰ إِلَىٰ قَوْمِهِ غَضْبَانَ أَسِفًا قَالَ بِئْسَمَا خَلَفْتُمُونِي مِن بَعْدِي ۖ أَعَجِلْتُمْ أَمْرَ رَبِّكُمْ ۖ وَأَلْقَى الْأَلْوَاحَ وَأَخَذَ بِرَأْسِ أَخِيهِ يَجُرُّهُ إِلَيْهِ ۚ قَالَ ابْنَ أُمَّ إِنَّ الْقَوْمَ اسْتَضْعَفُونِي وَكَادُوا يَقْتُلُونَنِي فَلَا تُشْمِتْ بِيَ الْأَعْدَاءَ وَلَا تَجْعَلْنِي مَعَ الْقَوْمِ الظَّالِمِينَ ﴿١٥٠﴾

১৫১। অদুগা মুসানা হল্লকখিবদা মহাক্কী মীশিংদা, অশাউবা অমসুং অরাবা শরুক্লদুনা, মহাকনা হায়খিঃ "ফত্তবনি নখোইনা চৎখিবা (শাজৎ) অদু ঐনা চৎখিবা মতুংদা! নখোইনা তহাখিব্রা (পুথোক্লবা লম্বী অমা নখোইগীদমক্তা করিমতা ঙাইদদুনা) নখোইগী মপুগী ময়াথং? অদুগা মহাকনা হুন্থখি কোর্বাকশিংদু (লৈবাকথক্তা) অমসুং পায়খি লরাই শমদোং ময়াম্বগী, (খংচিং) চিংশনখি মহাক্কী মায়কৈ-রোমদা। হারুন্না হায়খিঃ "পল্লেম ইমাগী মচা নিপা! তশেংবমক মীশিংনা লৌখি ঐবু অশোনবনি হায়না অমসুং তৌখি হাৎকদৌবগী ঐবু। মরম অদুনা নংনা (ঐবু চৈরাক পীদুনা) য়েক্লবশিংগী (মপুকনিং) হরাওফম ওইহনগনু (ঐগী খুদোংথীবদা) অমসুং মশিং চনবিগনু ঐবু অরানবা লম্বীনবশিংগা লোয়ননা।"

১৫২। (অসি তারগা মুসা) মহাকনা হঙ্গৎচখি: "ঐগী মপুও! ঙাকপিয়ু ঐবু অমসুং ঐগী ইয়াম্ববু, অমসুং চঙহনবিয়ু ঐখোইবু নহাক্কী থৌজাল (গী পন্নুং) দা, করিনা হায়ববু নহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না ঙাকপিহৈবনি ঙাকপিহৈবশিংগী মরক্তা।"

قَالَ رَبِّ اغْفِرْ لِي وَلِأَخِي وَأَدْخِلْنَا فِي رَحْمَتِكَ ۖ وَأَنتَ أَرْحَمُ الرَّاحِمِينَ ﴿١٥١﴾

১৯ শুবা রুকূ

১৫৩। ষণনাওবু (খোয়ম লাইনি) হায়জিনবা মীশিংদো মখোইগী মপুগী মায়কৈদগী অশাউবনা লাঙ্গোয় চল্লগনি মখোইবু অমসুং অচোম্পা অমদি ঈকাইবনা (ওইরগনি মখোইগী দশা য়ুমথুং) তাইবঙ পুন্সিদা। অদুগা মত্তৌ অসুম্না ঐখোইনা মহৈ পীবি লৌশিং মীনম লাংথাকপশিংবু।

إِنَّ الَّذِينَ اتَّخَذُوا الْعِجْلَ سَيَنَالُهُمْ غَضَبٌ مِّن رَّبِّهِمْ وَذِلَّةٌ فِي الْحَيَاةِ الدُّنْيَا ۚ وَكَذَٰلِكَ نَجْزِي الْمُفْتَرِينَ ﴿١٥٢﴾

১৫৪। অদুগা ফত্তবা থবকশিং লম্বীনবশিংনা (ফত্তরম লম্বীনরুবা) অদুগী তুংদা নুংনাংবা ফোংদোকচরবা অমসুং অচুম্বা থাজরবা— (অদুদা) তশেংবমক নংগী মপুদি মদুগী মতুংদা য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَالَّذِينَ عَمِلُوا السَّيِّئَاتِ ثُمَّ تَابُوا مِن بَعْدِهَا وَآمَنُوا إِنَّ رَبَّكَ مِن بَعْدِهَا لَغَفُورٌ رَّحِيمٌ ﴿١٥٣﴾

১৫৫। অদুগা মুসাগী অশাউবা ঈংথখ্রবা মতমদা, মহাকনা খুনগৎখি কোর্বাকশিংদু: অমসুং মখোইগী মথক্তা ইরম্বদু লমজিংনি অমসুং ঙাকপিবনি মখোইগী মপুবু কিজবা মখোইদুগী।

وَلَمَّا سَكَتَ عَن مُّوسَى الْغَضَبُ أَخَذَ الْأَلْوَاحَ ۖ وَفِي نُسْخَتِهَا هُدًى وَرَحْمَةٌ لِّلَّذِينَ هُمْ لِرَبِّهِمْ يَرْهَبُونَ ﴿١٥٤﴾

১৫৬। অদুগা মুসানা খল্লম্মী (তাহল ওইবা) শমু মীকোক হুমফুতরা মহাক্কী মীশিংদগী ঐখোইগা উননবগীদমক (হায়নখিবা রাগী মতুংইন্না); তৌইগুম্বসুং য়ুহার হাবনা লাঙ্গোয় চনখিবদা মখোইবু, মহাকনা হায়খি: "ঐগী মপুও! নহাকনা অসুম্মক নীংবিরমলবদি, নহাকনা মাঙহন-বিরমখিবা ঙম্মি মখোইবু অসিগী মমাংদা, ঐবু (সু) য়াওনা। নহাকনা ঐখোইবু মাঙহনবিগে হায়রব্রা ঐখোইগী ইরক্তুগী অপঙশিংনা অরানবা তৌখিবগী? মসি করিসু নত্তে নহাকনা ঐখোইবু চাং য়েংবা নত্তনা। নহাকনা লম্মুকুহল্লি নহাকনা তৌবিনীংবা (লমচৎ নাইদবা) শিংবুতা অমসুং

وَاخْتَارَ مُوسَىٰ قَوْمَهُ سَبْعِينَ رَجُلًا لِّمِيقَاتِنَا ۖ فَلَمَّا أَخَذَتْهُمُ الرَّجْفَةُ قَالَ رَبِّ لَوْ شِئْتَ أَهْلَكْتَهُم مِّن قَبْلُ وَإِيَّايَ ۖ أَتُهْلِكُنَا بِمَا فَعَلَ السُّفَهَاءُ مِنَّا ۖ إِنْ هِيَ إِلَّا فِتْنَتُكَ تُضِلُّ بِهَا مَن تَشَاءُ وَتَهْدِي

مَنْ تَشَآءُ ۚ اَنْتَ وَلِيُّنَا فَاغْفِرْ لَنَا وَارْحَمْنَا وَاَنْتَ خَيْرُ الْغٰفِرِيْنَ ﴿۱۵۵﴾

নহাকনা লমজিংবি নহাকনা তৌবিনীংবা (মতিক চাব) শিংবুতা। নহাক্তি ঐখোইগী ঙাকশেনবীবনি, কোকপিয়ু ঐখোইবু (পাপ্তগী) অমসুং নুংশিবিয়ু ঐখোইবু অমসুং নহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না ফবনি য়োনজ-কোকপিহৈবশিংগী।

وَاكْتُبْ لَنَا فِىْ هٰذِهِ الدُّنْيَا حَسَنَةً وَّفِى الْاٰخِرَةِ اِنَّا هُدْنَاۤ اِلَيْكَ ۚ قَالَ عَذَابِىْۤ اُصِيْبُ بِهٖ مَنْ اَشَآءُ ۚ وَرَحْمَتِىْ وَسِعَتْ كُلَّ شَىْءٍ ۚ فَسَاَكْتُبُهَا لِلَّذِيْنَ يَتَّقُوْنَ وَيُؤْتُوْنَ الزَّكٰوةَ وَالَّذِيْنَ هُمْ بِاٰيٰتِنَا يُؤْمِنُوْنَ ﴿۱۵۶﴾

১৫৭। অদুগা নোংদমবিয়ু ঐখোইগীদমক্তা অফবা সংসার অসিদা অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদসু; তশেংবমক ঐখোই ওনশিনজখ্রে নহাক্কী মায়কৈদা (নুংনাংবগা লোয়ননা)।” অল্লাহনা তাকপিখি ঃ “ঐনা থাবি ঐগী রায়েল-চৈরাক ঐনা থাবিনীংবা (লংজবা) শিংবুতা; তৌইগুম্বসুং ঐগী থৌজালনা কোনশন্দুনা থম্মি পোৎ পুম্নমকবু। মরম অদুনা ঐনা (শরুক) তম্বিগনি মদু ভক্তি লৈবশিংগী অমসুং জকাত পীবশিংগী অমসুং (তশেংনা) থাজবশিংদা ঐখোইগী পাওজেন-শিংদা।

اَلَّذِيْنَ يَتَّبِعُوْنَ الرَّسُوْلَ النَّبِىَّ الْاُمِّىَّ الَّذِىْ يَجِدُوْنَهٗ مَكْتُوْبًا عِنْدَهُمْ فِى التَّوْرٰىةِ وَالْاِنْجِيْلِ ۫ يَاْمُرُهُمْ بِالْمَعْرُوْفِ وَيَنْهٰىهُمْ عَنِ الْمُنْكَرِ وَيُحِلُّ لَهُمُ الطَّيِّبٰتِ وَيُحَرِّمُ عَلَيْهِمُ الْخَبٰٓئِثَ وَيَضَعُ عَنْهُمْ اِصْرَهُمْ وَالْاَغْلٰلَ الَّتِىْ كَانَتْ عَلَيْهِمْ ۚ فَالَّذِيْنَ اٰمَنُوْا بِهٖ وَعَزَّرُوْهُ وَنَصَرُوْهُ وَاتَّبَعُوا النُّوْرَ الَّذِىْۤ اُنْزِلَ مَعَهٗۤ ۙ اُولٰٓئِكَ هُمُ الْمُفْلِحُوْنَ ﴿۱۵۷﴾

১৫৮। “অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা তুং ইল্লি রসুলগী, ইবা পাবা হৈতবা নবীগীঃ মহাকপু মখোইনা থেংনৈ মখোইগী (কিতাবশিংদাঃ) তৌরাত অমসুং ইনজীলদা (তোয়না) পনখিবা। মহাকনা য়াথংনবি মখোইবু অফবা তৌনবগী, অমসুং থিংই মখোইবু ফত্তবা তৌদনবগী অমসুং ‘হলাল’ ওইহল্লি অফবা (অচা) পোৎশিং (হান্না থিংলম্বা), অমসুং হরাম ওইহল্লি ফত্তবা পোৎশিং, অমসুং লৌ-থোকপি মখোইগী (মথক্তা নংথরম্বা) পোৎলুম অমসুং থাদোকপি (মরেংদা) পোৎপু লাকলম্বদগী। মরম অদুনা মহাকপু (চপচানা) থাজবশিং, অমসুং মহাকপু শৌগৎপশিং অমসুং মহাকপু তেংবাংবশিং অমসুং তুং ইনবশিং মহাক্কা লোয়ননা থাবিখিবা মঙাল গী—মখোইসি মমায় পাক্কনি।”

২০ শুবা রুকূ

قُلْ يٰۤاَيُّهَا النَّاسُ اِنِّىْ رَسُوْلُ اللّٰهِ اِلَيْكُمْ جَمِيْعَا ۨ الَّذِىْ

১৫৯। হায়য়ু ঃ “হে মীওইবশিং ! থাঙ্গৈশেংবমক

لَهٗ مُلْكُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۚ لَآ اِلٰهَ اِلَّا هُوَ يُحْيٖ وَ يُمِيْتُ ۠ فَاٰمِنُوْا بِاللّٰهِ وَرَسُوْلِهِ النَّبِيِّ الْاُمِّيِّ الَّذِيْ يُؤْمِنُ بِاللّٰهِ وَكَلِمٰتِهٖ وَاتَّبِعُوْهُ لَعَلَّكُمْ تَهْتَدُوْنَ ﴿١٥٨﴾

ঐ রসুলনি নখোই পুম্নমক্তা অল্লাহদগী, মহাক্কী নিংথৌ লৈবাকনি আসমান অমসুং পৃথিবীসি। মহাক নত্তবা চীঙু লাই কনামতা লৈতে, মহাকনা হিংহল্লি অমসুং মহাকনা শিহল্লি। মরম অদুনা নখোই থাজৌ অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুল— উম্মী নবীবু, মহাকনা (তশেংনা) থাজে অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী ৱাহৈশিংবু; অমসুং নখোই মতুং ইন্নু মহাক্কী অদুনা নখোইবু চুম্না লমজিংবিনবা।

وَمِنْ قَوْمِ مُوْسٰٓى اُمَّةٌ يَّهْدُوْنَ بِالْحَقِّ وَبِهٖ يَعْدِلُوْنَ ﴿١٥٩﴾

১৬০। অদুগা মুসাগী মীশিংগী মরক্তা কাঙবু অমা লৈ মখোইনা লমজিংই (মীশিংবু) অচুম্বদা অমসুং মখোইনা তৌই অচুম্বা মদুগা লোয়ননা।

وَقَطَّعْنٰهُمُ اثْنَتَيْ عَشْرَةَ اَسْبَاطًا اُمَمًا ۚ وَاَوْحَيْنَآ اِلٰى مُوْسٰٓى اِذِ اسْتَسْقٰىهُ قَوْمُهٗٓ اَنِ اضْرِبْ بِّعَصَاكَ الْحَجَرَ ۚ فَانْۢبَجَسَتْ مِنْهُ اثْنَتَا عَشْرَةَ عَيْنًا ۗ قَدْ عَلِمَ كُلُّ اُنَاسٍ مَّشْرَبَهُمْ ۗ وَظَلَّلْنَا عَلَيْهِمُ الْغَمَامَ وَاَنْزَلْنَا عَلَيْهِمُ الْمَنَّ وَالسَّلْوٰى ۗ كُلُوْا مِنْ طَيِّبٰتِ مَا رَزَقْنٰكُمْ ۗ وَمَا ظَلَمُوْنَا وَلٰكِنْ كَانُوْٓا اَنْفُسَهُمْ يَظْلِمُوْنَ ﴿١٦٠﴾

১৬১। অদুগা ঐখোইনা খায়দোকপিখি মখোইবু শীংলুপ তরানিথোইগী (তোঙান-তোঙানবা) খুৎপু থোক্লা। অদুগা ঐখোইনা পীখি লাইপাও মুসাদা, মহাক্কী মীশিংনা মঙোন্দা ঈশিং পীয়ু হায়জখিবা মতমদা (অসুম হায়না): "ফু নুং মতুম অদুদা নংগী পায়না-চৈশুনা;" মতমদুদা মদুদগী রা-রা-রা চেন্থোরকখি ঈফুৎ তরানিথোই; শীংলুপ খুদিংনা মশক খঙখি মাগী মাগী ঈশিং-থকফম। অদুগা ঐখোইনা নোং মংহন্দুনা উরুম লাংহনবিখি মখোইগী মথক্তা অমসুং (মচিঞ্জাক ওইনবা) ঐখোইনা থাবিখি মখোইদা 'মন্ন' অমসুং 'সলৱা' সু (অসি হায়দুনা) "চাও অশেংবা পোত্তা ঐখোইনা পীখিবদু নখোইদা।" অদুগা মখোইনা তৌখিদে অরানবা করিমতা ঐখোইদা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা তৌজখি অরানবা মখোই মশামক্তুদা।

وَاِذْ قِيْلَ لَهُمُ اسْكُنُوْا هٰذِهِ الْقَرْيَةَ وَكُلُوْا مِنْهَا حَيْثُ شِئْتُمْ وَقُوْلُوْا حِطَّةٌ وَّادْخُلُوا الْبَابَ سُجَّدًا

১৬২। অদুগা (নীংশিঙঙু) মখোইদা অসি (সু) হায়বিখি: "লৈফু শহর অসিদা অমসুং চাও মদুদগী নখোইনা অপাম-অপাম্বতা, অমসুং হায়য়ু: "(মপুও!) কোকপিয়ু ঐখোইগী

نَّغْفِرْ لَكُمْ خَطِيٓـَٔـٰتِكُمْ ۚ سَنَزِيدُ ٱلْمُحْسِنِينَ ﴿١٦١﴾

ইপাপশিং," অমসুং চঙঙু গেট লোম্লুকপগা লোয়ননা, ঐখোইনা ঙাকপিগনি নখোইগী অরানবশিং অমসুং ঐখোইনা হেনগৎহনবিগনি মহে (অতোপ্পা মীগী) ফনবা তৌবশিংদা।"

فَبَدَّلَ ٱلَّذِينَ ظَلَمُوا۟ مِنْهُمْ قَوْلًا غَيْرَ ٱلَّذِى قِيلَ لَهُمْ فَأَرْسَلْنَا عَلَيْهِمْ رِجْزًا مِّنَ ٱلسَّمَآءِ بِمَا كَانُوا۟ يَظْلِمُونَ ﴿١٦٢﴾

১৬৩। অদুগী মতমদা মখোইগী মরক্তা অরানবা লম্বীনবশিংনা ওথোকখ্রে রাঙাঙদু ওন্ননা অতোপ্পা অমগী মখোইদা হায়খিবদুগী। মরম অদুনা ঐখোইনা থাবিখি মখোইগী মথক্তা নোংথক্কী চৈরাক, মখোইনা অরানবা লম্বীনখিবগীদমক।

২১ শুবা রুকূ

وَسْـَٔلْهُمْ عَنِ ٱلْقَرْيَةِ ٱلَّتِى كَانَتْ حَاضِرَةَ ٱلْبَحْرِ إِذْ يَعْدُونَ فِى ٱلسَّبْتِ إِذْ تَأْتِيهِمْ حِيتَانُهُمْ يَوْمَ سَبْتِهِمْ شُرَّعًا وَيَوْمَ لَا يَسْبِتُونَ ۙ لَا تَأْتِيهِمْ ۚ كَذَٰلِكَ نَبْلُوهُم بِمَا كَانُوا۟ يَفْسُقُونَ ﴿١٦٣﴾

১৬৪। অদুগা হঙঙু মখোইদা শহর অদুগী মরমদা মদু লৈরম্মী সমুদ্র খোঙবান্দা। (নীংশিঙঙু!) মখোইনা পররা তৌখিদবদা সববাথ (নুমিৎ) দা তৌবা য়াবা থবকনি নত্তে হায়বা, লেমলৈ ঙায়াম (চওম শানা) কারকলম্মী ঈমায়থক্তা (ঈরোইদুনা) সববাথ নুমিত্তা, তৌইগুম্বসুং মখোইগী সববাথ থোক্তবা নুমিত্তদি ঙা কারকলমদে। অসুম্না ঐখোইনা চাং য়েংবিখি মরমদি মখোই ওইরম্মী লমকেৎ-লমহাইবশিং।

وَإِذْ قَالَتْ أُمَّةٌ مِّنْهُمْ لِمَ تَعِظُونَ قَوْمًا ۙ ٱللَّهُ مُهْلِكُهُمْ أَوْ مُعَذِّبُهُمْ عَذَابًا شَدِيدًا ۖ قَالُوا۟ مَعْذِرَةً إِلَىٰ رَبِّكُمْ وَلَعَلَّهُمْ يَتَّقُونَ ﴿١٦٤﴾

১৬৫। অদুগা মখোইগী মরক্তগী খুৎপু অমনা হায়খিঃ "করি মরমগী নখোইনা পাওমেনবগে অল্লাহনা মাঙহল্লগে তৌরবা মীওইশিংবু নত্তগা অকনবা চৈরাক থাদুনা রারক-রাতেমবিগ-দৌরিবশিংবু?" মখোইনা পাওখুমখিঃ "(হয়েং) দোশ ফংলুদনবা নখোইগী মপুগী মমাংদা, অদুনা মখোই ওইরক্লবা ভক্তি লৈবশিং।"

فَلَمَّا نَسُوا۟ مَا ذُكِّرُوا۟ بِهِۦٓ أَنجَيْنَا ٱلَّذِينَ يَنْهَوْنَ عَنِ ٱلسُّوٓءِ وَأَخَذْنَا ٱلَّذِينَ ظَلَمُوا۟ بِعَذَابٍۭ بَـِٔيسٍۭ بِمَا كَانُوا۟ يَفْسُقُونَ ﴿١٦٥﴾

১৬৬। মরম অদুনা মখোইনা কাওথ্রবদা মখোইদা পীখিবা রারকপগী পাওমেনদু, ঐখোইনা কনবিখি মখোইবু ফত্তবদগী অমসুং ঐখোইনা ফাবিখি অরানবা তৌবশিংদু অকনবা রায়েল-চৈরাক থাবিদুনা, মরমদি মখোই ওইরম্মী লমকেৎ-লমহাইবশিং।

فَلَمَّا عَتَوْا عَنْ مَّا نُهُوْا عَنْهُ قُلْنَا لَهُمْ كُوْنُوْا قِرَدَةً خٰسِـِٕيْنَ ﴿١٦٧﴾

১৬৭। অদুনা মখোইনা হায়ন-তানবা য়াদনা রাংমা লানখ্রবদা মখোইবু তৌদনবা থিংখিবদু, ঐখোইনা হায়বিখি মখোইদা ঃ "নখোই ওইখরো য়োং (গুম লীচৎ-শাজত্তা)। হঙ্গোইনা য়েংনখ্রবা :"

وَاِذْ تَاَذَّنَ رَبُّكَ لَيَبْعَثَنَّ عَلَيْهِمْ اِلٰى يَوْمِ الْقِيٰمَةِ مَنْ يَّسُوْمُهُمْ سُوْٓءَ الْعَذَابِ ؕ اِنَّ رَبَّكَ لَسَرِيْعُ الْعِقَابِ ۚۖ وَاِنَّهٗ لَغَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ﴿١٦٨﴾

১৬৮। অদুগা (নীংশিঙণু মতমদু) নংগী মপুনা লাউথোকপিখি মদুদি মহাকনা থাবিরক্কনি মখোইগী মায়োক্তা (জাতি অমা), মখোইনা, কিয়ামত নুমিৎ ফাওবদা, রাহনবিগনি মখোইবু তমথীনা ওৎ-নৈদুনা। তশেংবমক নংগী মপুদি থুবনি লমল খুম্বদা অমসুং মহাক্তি থাঙ্গেমকশেংনা য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَقَطَّعْنٰهُمْ فِى الْاَرْضِ اُمَمًا ۚ مِنْهُمُ الصّٰلِحُوْنَ وَمِنْهُمْ دُوْنَ ذٰلِكَ ؗ وَبَلَوْنٰهُمْ بِالْحَسَنٰتِ وَالسَّيِّاٰتِ لَعَلَّهُمْ يَرْجِعُوْنَ ﴿١٦٩﴾

১৬৯। অদুগা এখোইনা খায়দোকপিখি মখোইবু খুৎপু (কয়া) থোক্না পৃথিবীদা; মখোইগী মরক্তা খরদি ধর্ম্ম লৈবনি অমসুং খরা অমনা অতোপ্পা ফিবমদা লৈবনি। অদুগা ঐখোইনা চাং য়েংবিখি মখোইবু নুংঙাই-য়াইফহনবিদুনা অমসুং রাহন-নংহনবিদুনা অদুনা মখোইনা (মপুকনিং) ওল্লক্লবা।

فَخَلَفَ مِنْ بَعْدِهِمْ خَلْفٌ وَّرِثُوا الْكِتٰبَ يَاْخُذُوْنَ عَرَضَ هٰذَا الْاَدْنٰى وَيَقُوْلُوْنَ سَيُغْفَرُ لَنَا ۚ وَاِنْ يَّاْتِهِمْ عَرَضٌ مِّثْلُهٗ يَاْخُذُوْهُ ؕ اَلَمْ يُؤْخَذْ عَلَيْهِمْ مِّيْثَاقُ الْكِتٰبِ اَنْ لَّا يَقُوْلُوْا عَلَى اللّٰهِ اِلَّا الْحَقَّ وَدَرَسُوْا مَا فِيْهِ ؕ وَالدَّارُ الْاٰخِرَةُ خَيْرٌ لِّلَّذِيْنَ يَتَّقُوْنَ ؕ اَفَلَا تَعْقِلُوْنَ ﴿١٧٠﴾

১৭০। ·মথংদা লাকখ্রে (ফত্তবা) মীরোন অমা মখোইগী মতুংদা, মখোইনা স্বত্ব ফংহৌখ্রে কিতাবদু। মখোইনা লৌখি তাইবঙ পুন্সিগী অতোনবা পোৎশিংবু অমসুং হায়খি ঃ "ঐখোইবু ঙাকপিগনি।" অদুগা করিগুম্বা মখোইদা লাকলবদি (অমুকহন্না) কান্নবা অমা (অহানবদা পনখিবা অদুগুম্বা), মখোইনা পাক হেক লৌশিন্নি মদু (সু)। লৌখিদব্রা রাশক অমা কিতাবকী মখোইদগী মদুদি মখোইনা ঙাঙ-শকলোই করিগুম্বা অমতা অল্লাহগী মরমদা অচুম্বা নত্তনা? অদুগা মখোইনা পাই মদুগী মনুংদা য়াওরিবদু। অদুগা আখেরতকী য়ুম্না ফবা হেল্লি ধর্ম্ম লৈবশিংগীদমক্তি। নখোইবু খঙদ্রব্রা?

وَالَّذِيْنَ يُمَسِّكُوْنَ بِالْكِتٰبِ وَاَقَامُوا الصَّلٰوةَ ؕ اِنَّا

১৭১। অদুগা কিতাবপু চেৎনা পায়বশিং অমসুং নমাজ পালন তৌবশিং, তশেংবমক ঐখোইনা

لَا نُضِيعُ اَجْرَ الْمُصْلِحِيْنَ ﴿١٧٠﴾

মাঙহনবিরোই মহৈ ধর্ম্ম কায়্দবশিংগী।

وَاِذْ نَتَقْنَا الْجَبَلَ فَوْقَهُمْ كَاَنَّهٗ ظُلَّةٌ وَّظَنُّوْٓا اَنَّهٗ وَاقِعٌۢ بِهِمْ ۚ خُذُوْا مَآ اٰتَيْنٰكُمْ بِقُوَّةٍ وَّاذْكُرُوْا مَا فِيْهِ لَعَلَّكُمْ تَتَّقُوْنَ ﴿١٧١﴾

১৭২। অদুগা (নীংশিঙভু) ঐখোইনা থোক-থোক নোমখিবদা চীং অদু মখোইগী মথক্তা মদুনা ইকুপ-কুপশিল্লকপগুম তৌখি অমসুং মখোইনা খনখি মদু তুথরক্কদৌরে হায়না মখোইগী মথক্তা (অদুদা ঐখোইনা হায়বিখি ঃ) "চেৎনা পায়য়ু ঐখোইনা পীখিবা (কিতাব) অদু নখোইদা অমসুং নীংশিঙভু মদুদা য়াওরিবদু অদুনা নখোইনা খুকউ শেন্ননবা ফত্তবদগী।

২২ শুবা রুকূ

وَاِذْ اَخَذَ رَبُّكَ مِنْۢ بَنِيْٓ اٰدَمَ مِنْ ظُهُوْرِهِمْ ذُرِّيَّتَهُمْ وَاَشْهَدَهُمْ عَلٰٓى اَنْفُسِهِمْ ۚ اَلَسْتُ بِرَبِّكُمْ ۗ قَالُوْا بَلٰى ۛ شَهِدْنَا ۛ اَنْ تَقُوْلُوْا يَوْمَ الْقِيٰمَةِ اِنَّا كُنَّا عَنْ هٰذَا غٰفِلِيْنَ ﴿١٧٢﴾

১৭৩। অদুগা (নীংশিঙভু) নংগী মপুনা পুথোরকখিবদা আদমগী মচা-মশুশিংদগী—মখোইগী মখ্যাংশিংদগী—মখোইগী মচাশিং অমসুং মখোইবু ওইহনখিবদা সাক্ষী মখোই মশা-মশাগী (অসি হায়বিদুনা ঃ) "ঐসে নখোইগী মপু নত্তব্রা?" মখোইনা পাওখুমখি ঃ "হোই, ঐখোইনা সাক্ষী পীজরি।" (মসি মহাকনা তৌবিখি) অদুনা নখোইনা হায়দনবা কিয়ামত নুমিত্তা ঃ "তশেংবমক ঐখোই খঙখিদে মসি।"

اَوْ تَقُوْلُوْٓا اِنَّمَآ اَشْرَكَ اٰبَآؤُنَا مِنْ قَبْلُ وَكُنَّا ذُرِّيَّةً مِّنْۢ بَعْدِهِمْ ۚ اَفَتُهْلِكُنَا بِمَا فَعَلَ الْمُبْطِلُوْنَ ﴿١٧٣﴾

১৭৪। নত্রগা নখোইনা হায়দনবা ঃ "ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংনা (অল্লাহগী) মশরুক য়ামিন্নবশিং পুথোক্লুনা ঈরাৎলম্মী য়েলহৌঙদা অমসুং ঐখোই মচা-মশুশিংনি মখোইগী মতুংদা। নহাকনা মাঙহনবিগে হায়রব্রা ঐখোইবু থৌরম অপৈবা তৌখিবশিংগী মহাকথং-মহাকথংদগী?"

وَكَذٰلِكَ نُفَصِّلُ الْاٰيٰتِ وَلَعَلَّهُمْ يَرْجِعُوْنَ ﴿١٧٤﴾

১৭৫। অদুগা অসুম্না ঐখোইনা তশেংহল্লি পাওজেলশিং, অদুনা মখোইনা (মপুকনিং) হল্লক্কবা (লম্বী লান্না চখোকপদগী)।

وَاتْلُ عَلَيْهِمْ نَبَاَ الَّذِيْٓ اٰتَيْنٰهُ اٰيٰتِنَا فَانْسَلَخَ مِنْهَا

১৭৬। অদুগা লীদুনা তাহল্লু মখোইনা য়ারী মী অমগী মঙাল্দা ঐখোইনা পীখি ঐখোইগী পাওজেলশিং, তেইংগুম্বসুং মহাকনা হন্দোকখি মখোইদগী: অদুগী মতমদা শৈতান্না (কাবু

فَاَتۡبَعَهُ الشَّیۡطٰنُ فَکَانَ مِنَ الۡغٰوِیۡنَ ﴿۱۷۵﴾

ফংদুনা) তুং ইন্নখি মহাকপু, মরম অদুনা মহাক ওইখি (অমা) লম্মুক্লবশিংগী।

وَ لَوۡ شِئۡنَا لَرَفَعۡنٰهُ بِهَا وَ لٰکِنَّهٗۤ اَخۡلَدَ اِلَی الۡاَرۡضِ وَ اتَّبَعَ هَوٰىهُ ۚ فَمَثَلُهٗ کَمَثَلِ الۡکَلۡبِ ۚ اِنۡ تَحۡمِلۡ عَلَیۡهِ یَلۡهَثۡ اَوۡ تَتۡرُکۡهُ یَلۡهَثۡ ؕ ذٰلِکَ مَثَلُ الۡقَوۡمِ الَّذِیۡنَ کَذَّبُوۡا بِاٰیٰتِنَا ۚ فَاقۡصُصِ الۡقَصَصَ لَعَلَّهُمۡ یَتَفَکَّرُوۡنَ ﴿۱۷۶﴾

১৭৭। অদুগা করিগুম্বা ঐখোইগী অনীংবা ওইরমলবদি, ঐখোইনা থাংগৎপিরমগনি মহাকপু অৱাংবা থাক্তা মদুনা: তৌইগুম্বসুং মহাকনা মপুকনিং লুপশল্লম্মী পৃথিবী (গী নুংঙাইব) দা অমসুং তুং ইনখ্রে মহাক্কী (থম্মোই য়াহিপনরম্বা) অতোনবা অপাম্বগী। মহাক্কা মান্নবগী পান্দমদি য়াংলৈ হুইগী পান্দমগা অমহাতনি: করিগুম্বা নখোইনা তাথোকলবদি মাবু, মানা মরৈতোন হা-হা তিংথোকই, অমসুং নখোইনা থাদোকলবসু মাতবু, মানা মরৈতোন অদুম তিংথোকই। অসিগুম্বা পান্দমনি ঐখোইগী পাওজেনশিংদা থাজদবা মীশিংগী ফিবমদি। মরম অদুনা নং লীবিয়ু ৱারীসি মখোইদা অদুনা মখোইনা ধ্যান তৌজনবা।

سَآءَ مَثَلَاۨ الۡقَوۡمُ الَّذِیۡنَ کَذَّبُوۡا بِاٰیٰتِنَا وَ اَنۡفُسَهُمۡ کَانُوۡا یَظۡلِمُوۡنَ ﴿۱۷۷﴾

১৭৮। ফত্তবগী পান্দমনি অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা য়াদে ঐখোইগী পাওজেনশিং অমসুং জুলম তৌই মখোইগী মথৱাইশিংবু।

مَنۡ یَّهۡدِ اللّٰهُ فَهُوَ الۡمُهۡتَدِیۡ ۚ وَ مَنۡ یُّضۡلِلۡ فَاُولٰٓئِکَ هُمُ الۡخٰسِرُوۡنَ ﴿۱۷۸﴾

১৭৯। অল্লাহনা লমজিংবিগ্রবা মহাকদু লমজিং ফংগ্রবনি: তৌইগুম্বসুং মহাকনা থাদোকপিগ্রবা মখোইদু অরানবদা (হৈনহন্দুনা), মওং মতাদুদা মখোইসি অমাঙবা খোঙফম্নরবশিংনি।

وَ لَقَدۡ ذَرَاۡنَا لِجَهَنَّمَ کَثِیۡرًا مِّنَ الۡجِنِّ وَ الۡاِنۡسِ ۫ۖ لَهُمۡ قُلُوۡبٌ لَّا یَفۡقَهُوۡنَ بِهَا ۫ وَ لَهُمۡ اَعۡیُنٌ لَّا یُبۡصِرُوۡنَ بِهَا ۫ وَ لَهُمۡ اٰذَانٌ لَّا یَسۡمَعُوۡنَ بِهَا ؕ اُولٰٓئِکَ کَالۡاَنۡعَامِ بَلۡ هُمۡ اَضَلُّ ؕ اُولٰٓئِکَ هُمُ الۡغٰفِلُوۡنَ ﴿۱۷۹﴾

১৮০। অদুগা থাঙ্গৈশেংনা ঐখোইনা শেমখি যমগী (শিংবী মৈহুম ওইনবা) জিন অমসুং মী কয়া—মখোইগী মথম্মোইশিং লৈনা-লৈনা মখোই (ৱায়েল-য়াথং) করিসু খঙদে মদুনা, অমসুং মখোইগী মমিৎশিং পান্না-পান্না মখোই (অচুম্বা) করিসু উদে মদুনা, অমসুং মখোইগী মনাকোংশিং য়াওনা-য়াওনা মখোই (পাওজেন) করিসু তাদে মদুনা। মখোই পাংখকনি যুমশাশিংগা; নত্তে, মখোই খরবু হেন্না লম্মুক্লগ্রবনি। মখোইসি তাইবঙ সেবাৎনরবশিংনি।

১৮১। অদুগা অল্লাহগীনি ফজবা কোলোয় মমিংশিং, মরম অদুনা কৌজৌ মহাকপু মদুনা (ফজবা বাবহারগা লোয়ননা) অমসুং থাদোকও (অদুগুম্বা মীওইশিং) মখোইদু—মখোইনা মাংথোকই মহাক্কী মমিংশিংবু। মখোইবু লমল খুম্বিগনি মখোইনা (মতিক মপা চাদনা) তৌরম্বগী।

وَلِلَّهِ الْأَسْمَاءُ الْحُسْنَىٰ فَادْعُوهُ بِهَا ۖ وَذَرُوا الَّذِينَ يُلْحِدُونَ فِي أَسْمَائِهِ ۚ سَيُجْزَوْنَ مَا كَانُوا يَعْمَلُونَ ﴿١٨٠﴾

১৮২। অদুগা ঐখোইনা শেমখিবশিংগী মরক্তা লৈ কাংলুপ অমা মদুনা লমজিংই (মী অতৈবু) অচুম্বগা লোয়ননা অমসুং তৌই মীচং-মীথায় নাইদনা মদুগা লোয়ননা।

وَمِمَّنْ خَلَقْنَا أُمَّةٌ يَهْدُونَ بِالْحَقِّ وَبِهِ يَعْدِلُونَ ﴿١٨١﴾

২৩ শুবা রুকূ

১৮৩। অদুগা ঐখোইগী পাওজেনশিংবু য়াদবশিংদু, ঐখোইনা চিংবিগনি মখোইবু তপ্না-তপ্না (অমাঙবদা), মদু মফম কদায়দগী (অমসুং করি মরমদগীনো হায়বা) মখোইনা খঙলোই।

وَالَّذِينَ كَذَّبُوا بِآيَاتِنَا سَنَسْتَدْرِجُهُمْ مِنْ حَيْثُ لَا يَعْلَمُونَ ﴿١٨٢﴾

১৮৪। অদুগা ঐনা য়েথোকপি মতম খরা মখোইদা। তশেংবমক ঐগী থৌরাংদি চাওবনি (অমসুং শোয়দবনি)।

وَأُمْلِي لَهُمْ ۚ إِنَّ كَيْدِي مَتِينٌ ﴿١٨٣﴾

১৮৫। মখোইনা রাখল তৌদ্রা-মদুদি মখোইগী মরূপদু অঙাওবা নত্তে। মহাক্তি ইচম-চম্বা চেকশন- রা-হায়বা মীনি।

أَوَلَمْ يَتَفَكَّرُوا ۗ مَا بِصَاحِبِهِمْ مِنْ جِنَّةٍ ۚ إِنْ هُوَ إِلَّا نَذِيرٌ مُبِينٌ ﴿١٨٤﴾

১৮৬। অদুগা মখোইনা য়েংদব্রা লৈঙাক শাসন আসমান অমসুং পৃথিবীগী, অমসুং অল্লাহনা শেম-শাখিবা পোৎশিংদা? অদুগা (মখোইনা রাখল তৌদ্রা) মদুদি মখোইগী লোয়রো হায়বা মতম নকশল্লকলে হায়বা? করম্বা রাপাওদা অসিগী মতুংদা মখোইনা অচুম্বা থাজগনৌরিবা?

أَوَلَمْ يَنْظُرُوا فِي مَلَكُوتِ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ وَمَا خَلَقَ اللَّهُ مِنْ شَيْءٍ وَأَنْ عَسَىٰ أَنْ يَكُونَ قَدِ اقْتَرَبَ أَجَلُهُمْ ۖ فَبِأَيِّ حَدِيثٍ بَعْدَهُ يُؤْمِنُونَ ﴿١٨٥﴾

১৮৭। কনাগুম্বা অমবু অল্লাহনা লম্মুক্লহনবিখ্রবদা, মহাকপু লমজিংবিগদবা কনাসু লৈতে। অদুগা মহাকনা থাদোকপি অসিগুম্বা (মী) বু কা হেন্দোকপদা অসুম হৈনহনবিদুনা পঙকোয়-

مَنْ يُضْلِلِ اللَّهُ فَلَا هَادِيَ لَهُ ۚ وَيَذَرُهُمْ فِي طُغْيَانِهِمْ يَعْمَهُونَ ﴿١٨٦﴾

কোয়হল্লি কণ্ডাওননা।

يَسْـَٔلُوْنَكَ عَنِ السَّاعَةِ اَيَّانَ مُرْسٰهَا ۗ قُلْ اِنَّمَا عِلْمُهَا عِنْدَ رَبِّيْ ۚ لَا يُجَلِّيْهَا لِوَقْتِهَآ اِلَّا هُوَ ۘؔ ثَقُلَتْ فِي السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۗ لَا تَاْتِيْكُمْ اِلَّا بَغْتَةً ۗ يَسْـَٔلُوْنَكَ كَاَنَّكَ حَفِيٌّ عَنْهَا ۗ قُلْ اِنَّمَا عِلْمُهَا عِنْدَ اللّٰهِ وَلٰكِنَّ اَكْثَرَ النَّاسِ لَا يَعْلَمُوْنَ ۝

১৮৮। মখোইনা হংলি নংঙোন্দা পুংফম অদুগী মরমদা, "মদু কদৌঙে থোক্কদগে?" হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "মদুগী জ্ঞানদি ঐগী মপুতনা খঙই; মহাক নত্তনা কনানসু ঙমলোই তশেংনা হায়বা মদুগী মতম। মদু অরাবনি আসমান অমসুং পৃথিবীদা। মদু লাকলোই নখোইদা ইখঙ-খঙহৌদবদা নত্তনা (নোং মংদনা বজ্র তাবগুম্না)।" মখোইনা হংলি নংঙোন্দা মদুগী মরমদা নংনা চপচানা খঙবগী মতাগুম্না। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "মদুগী জ্ঞানদি অল্লাহতদা লৈবনি, তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা খঙদে (মদু)।"

قُلْ لَّآ اَمْلِكُ لِنَفْسِيْ نَفْعًا وَّلَا ضَرًّا اِلَّا مَا شَآءَ اللّٰهُ ۗ وَلَوْ كُنْتُ اَعْلَمُ الْغَيْبَ لَاسْتَكْثَرْتُ مِنَ الْخَيْرِ ۚۖۛ وَمَا مَسَّنِيَ السُّوْٓءُ ۚۛ اِنْ اَنَا اِلَّا نَذِيْرٌ وَّبَشِيْرٌ لِّقَوْمٍ يُّؤْمِنُوْنَ ۝

১৮৯। হায়য়ু ঃ "ঐগী ইতিক লৈতে ইশাগী কান্নবা নত্রগা অমাঙবা তৌবগী, অল্লাহনা চানবিবা নত্তনা। অদুগা ঐনা করিগুম্বা খঙলমলবদি অমম্বগী (ঈ-পাও), ঐ ফংলমগনি অফবা কয়া অমসুং ফত্তবনা শোকপা ঙমলম্মোই ঐবু। ঐদি ইচম-চম্বা চেকশন-রা-হায়বা মীনি অমসুং হরাওবা পাওতাকপনি অচুম্বা থাজখ্রবা মীশিংদা।

২৪ শুবা রুকূ

هُوَ الَّذِيْ خَلَقَكُمْ مِّنْ نَّفْسٍ وَّاحِدَةٍ وَّجَعَلَ مِنْهَا زَوْجَهَا لِيَسْكُنَ اِلَيْهَا ۚ فَلَمَّا تَغَشّٰىهَا حَمَلَتْ حَمْلًا خَفِيْفًا فَمَرَّتْ بِهٖ ۚ فَلَمَّآ اَثْقَلَتْ دَّعَوَا اللّٰهَ رَبَّهُمَا لَىِٕنْ اٰتَيْتَنَا صَالِحًا لَّنَكُوْنَنَّ مِنَ الشّٰكِرِيْنَ ۝

১৯০। মহাকননি শেমখিবা নখোইবু থরাই অমতদগী, অমসুং (মহাকপু শেমখিবা মচাক) অদুদগী শেমখি মহাক্কী লোয়নবা মপীজা, অদুনা (পা) মহাকনা ফংজনবা নুংঙাইবা (পী) মঙোন্দা। পানা পীবু পাদোংলবদা, পীনা পুই অয়াংবা পোৎলুম অমা (গর্ভনুংদা) অমসুং চৎ-থোকই মদুগা লোয়ননা। মসিগী মতুংদা (পী) মহাকনা (গর্ভ)- লুমশিল্লকলবদা, মখোই অনিমকনা খাজং থৌনি তৌজে অল্লাহ, মখোইগী মপুদা ঃ "নহাকনা পীনরবদি ঐখোইবু অফবা (অঙাং) অমা, ঐখোই শোয়দনমক ওইজগনি তৌবিমল খঙবা (মতম-পুম্বদা)।"

فَلَمَّآ اٰتٰىهُمَا صَالِحًا جَعَلَا لَهٗ شُرَكَآءَ فِيْمَآ اٰتٰىهُمَا فَتَعٰلَى اللّٰهُ عَمَّا يُشْرِكُوْنَ ﴿۱۹۰﴾

১৯১। অদুগী মতুংইন্না মহাকনা পীবিরবদা মখোইদা অফবা (মচা) অমা, মখোইনা থৈজল্লি মঙোন্দা মশরুক য়ামিন্নবা (লাই) শিং মহাকনা মখোইদা পীখিবা (অঙাং) অদুগী মরমদা। অল্লাহদি মতিক মঙাল চাওবা য়াম্না হেনখ্রে মখোইনা থৈজল্লিবা অদুদগী (মঙোন্দা)।

اَيُشْرِكُوْنَ مَا لَا يَخْلُقُ شَيْـًٔا وَّهُمْ يُخْلَقُوْنَ ﴿۱۹۱﴾

১৯২। মখোইনা থৈজনব্রা মশরুক য়ামিন্নবা ওইনা (মঙোন্দা) করিগুম্বা অমতা শেম-শাবা ঙমদববু অমসুং মখোইদুম শেম্বিখিবা ঙাকনি (অল্লাহদুনা)?

وَلَا يَسْتَطِيْعُوْنَ لَهُمْ نَصْرًا وَّلَآ اَنْفُسَهُمْ يَنْصُرُوْنَ ﴿۱۹۲﴾

১৯৩। অদুগা (লাইশিং) মখোইসি ঙমদে তেংবাংবা মখোইবু, নত্রগা ঙমজদে তেংবাংবা মখোই মশাগী (ফাওবা)

وَاِنْ تَدْعُوْهُمْ اِلَى الْهُدٰى لَا يَتَّبِعُوْكُمْ سَوَآءٌ عَلَيْكُمْ اَدَعَوْتُمُوْهُمْ اَمْ اَنْتُمْ صَامِتُوْنَ ﴿۱۹۳﴾

১৯৪। অদুগা নখোইনা বারতোন তৌরবসু মখোইবু লমজিং ফংহৌনবগী, মখোইনা তুং ইল্লোই নখোইগী। অদুগী অদুমঙাই নখোইদা— নখোইনা বারতোন তৌরবসু মখোইবু নত্রগা নখোইনা তুমিন্না লৈরবসু।

اِنَّ الَّذِيْنَ تَدْعُوْنَ مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ عِبَادٌ اَمْثَالُكُمْ فَادْعُوْهُمْ فَلْيَسْتَجِيْبُوْا لَكُمْ اِنْ كُنْتُمْ صٰدِقِيْنَ ﴿۱۹۴﴾

১৯৫। তশেংবমক নখোইনা কৌজরিবা অল্লাহ নত্তবশিংদু মনাইশিংনি নখোইগুম্বা। মরম অদুনা কৌ মখোইবু, মতমদুদা পাওখুমহল্লু নখোইদা, নখোইনা অচুম্বা ঙাঙবা মওইরবদি।

اَلَهُمْ اَرْجُلٌ يَّمْشُوْنَ بِهَآ اَمْ لَهُمْ اَيْدٍ يَّبْطِشُوْنَ بِهَآ اَمْ لَهُمْ اَعْيُنٌ يُّبْصِرُوْنَ بِهَآ اَمْ لَهُمْ اٰذَانٌ يَّسْمَعُوْنَ بِهَا قُلِ ادْعُوْا شُرَكَآءَكُمْ ثُمَّ كِيْدُوْنِ فَلَا تُنْظِرُوْنِ ﴿۱۹۵﴾

১৯৬। মখোইগী চৎনবা মখোঙশিং লৈব্রা, নত্রগা মখোইগী পায়নবা মখুৎশিং লৈব্রা, নত্রগা মখোইগী য়েংনবা মমিৎশিং লৈব্রা, নত্রগা মখোইগী তানবা মনাকোংশিং লৈব্রা? হায়য়ু (মখোইদা): "কৌশিনজৌ নখোইগী তিন্নবা লাইশিংদো, মতমদুদা তৌনীংবা তৌজৌ ঐগী ইথক্তা অমসুং ঐঙোন্দা মতম (অমুক) য়ৈথোক্কনু।

اِنَّ وَلِيِّۦَ اللّٰهُ الَّذِيْ نَزَّلَ الْكِتٰبَ وَهُوَ يَتَوَلَّى الصّٰلِحِيْنَ ﴿۱۹۶﴾

১৯৭। "তশেংবমক ঐগী ঙাকপিবদি অল্লাহনি, মহাকনা থাবিরকখি কিতাব (ঐঙোন্দা); অমসুং মহাকনা ঙাকপি ধর্ম্ম লৈবশিংবু।

১৯৮। "অদুগা নখোইনা কৌজরিবা অল্লাহ নত্তবশিং অদুনা করিসু ঙমলোই তেংবাংবা নখোইবু, নত্তগা ঙমলোই তেংবাংবা মখোইনা মশা-মশাগী (ফাওবা) ।"

وَالَّذِيْنَ تَدْعُوْنَ مِنْ دُوْنِهٖ لَا يَسْتَطِيْعُوْنَ نَصْرَكُمْ وَلَآ اَنْفُسَهُمْ يَنْصُرُوْنَ ﴿۱۹۸﴾

১৯৯। অদুগা নখোইনা বারতোন তৌরবসু মখোইবু লমজিং ফংহৌনবা, মখোইনা তাদে। অদুগা নংনা উই মখোইবু (চিংনা) য়েংদুনা লৈবা নংবু, তৌইগুম্বসুং মখোইনা উবা ঙমদে

وَاِنْ تَدْعُوْهُمْ اِلَى الْهُدٰى لَا يَسْمَعُوْا ۚ وَتَرٰىهُمْ يَنْظُرُوْنَ اِلَيْكَ وَهُمْ لَا يُبْصِرُوْنَ ﴿۱۹۹﴾

২০০। (হে নবী!) ঙাকপিবনা নশরুক ওইয়ু অমসুং নয়াথং পীয়ু অফবা তৌনবগী, অমসুং নমায় ওথোকও অপঙজাওবশিংদগী।

خُذِ الْعَفْوَ وَاْمُرْ بِالْعُرْفِ وَاَعْرِضْ عَنِ الْجٰهِلِيْنَ ﴿۲۰۰﴾

২০১। অদুগা শৈতানগী ফত্তবা থৌইনশিন অমনা বিভুলা চুহল্লবদি নংবু, চঙজৌ অল্লাহদা। তশেংবমক মহাক্তি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

وَاِمَّا يَنْزَغَنَّكَ مِنَ الشَّيْطٰنِ نَزْغٌ فَاسْتَعِذْ بِاللّٰهِ ۚ اِنَّهٗ سَمِيْعٌ عَلِيْمٌ ﴿۲۰۱﴾

২০২। ধর্ম্মদা মায় ওনশনবা মীওইশিংনা, শৈতানগী মায়কৈদগী ইঙ্গিত অমনা লাকশিল্ল-কপদা মখোইবু, মখোইনা নীংশিঙজে অল্লাহবু: অদুদা য়েংউ! মখোইনা উজে (লম্বী অরাবা কোকুবগী)।

اِنَّ الَّذِيْنَ اتَّقَوْا اِذَا مَسَّهُمْ طٰٓئِفٌ مِّنَ الشَّيْطٰنِ تَذَكَّرُوْا فَاِذَا هُمْ مُّبْصِرُوْنَ ﴿۲۰۲﴾

২০৩। অদুগা (শৈতানগা মরূপনবা) মখোইগী মচিন মনাওশিংনা চিংশল্লি মখোইবু অরানবদা, অদুগী তুংদা মখোই লেম্পা লৈতে (থৌইন-শিনবদা)।

وَاِخْوَانُهُمْ يَمُدُّوْنَهُمْ فِى الْغَيِّ ثُمَّ لَا يُقْصِرُوْنَ ﴿۲۰۳﴾

২০৪। অদুগা নংনা পুরক্তবদা মখোইদা (অনৌবা) পাওজেন অমতা, মখোইনা হায়ঃ "করি মরমগী নংনা পুথোক্তবগে (মান্নবা) অমা ?" (নং) হায়য়ু ঃ "ঐনা ইল্লি ঐঙোন্দা ফোংদোক-পিরকপা অদুতা ঐগী মপুদগী।" মসি জ্ঞান তাহনবা (পোৎ) নি নংগী মপুগী মায়কৈদগী অমসুং লমজিংনি অমসুং ঙাকপিবনি

وَاِذَا لَمْ تَاْتِهِمْ بِاٰيَةٍ قَالُوْا لَوْلَا اجْتَبَيْتَهَا ۚ قُلْ اِنَّمَآ اَتَّبِعُ مَا يُوْحٰٓى اِلَيَّ مِنْ رَّبِّيْ ۚ هٰذَا بَصَآئِرُ مِنْ رَّبِّكُمْ

وَهُدًى وَّرَحْمَةٌ لِّقَوْمٍ يُّؤْمِنُوْنَ ۝

থাজবা মীওইশিংদা।

وَاِذَا قُرِئَ الْقُرْاٰنُ فَاسْتَمِعُوْا لَهٗ وَاَنْصِتُوْا لَعَلَّكُمْ تُرْحَمُوْنَ ۝

২০৫। অদুগা কুরআন থীথরকপদা তাও মদু অমসুং তুমিন্না লৈয়ু, অদুনা থৌজাল তৌবিরক্নবা নখোইবু।

وَاذْكُرْ رَّبَّكَ فِيْ نَفْسِكَ تَضَرُّعًا وَّخِيْفَةً وَّدُوْنَ الْجَهْرِ مِنَ الْقَوْلِ بِالْغُدُوِّ وَالْاٰصَالِ وَلَا تَكُنْ مِّنَ الْغٰفِلِيْنَ ۝

২০৬। অদুগা নীংশিঙভু (হে নবী!) নংগী মপুবু নপুকনিংদা নোল্লুক্না অমসুং কিনা অমসুং অনেম্বা খোংথোক্তা, অয়ুক্তা অমসুং নুমিদাংবাইদা; অমসুং ওইগনু (অমা) থৌওইদবশিংগী।

اِنَّ الَّذِيْنَ عِنْدَ رَبِّكَ لَا يَسْتَكْبِرُوْنَ عَنْ عِبَادَتِهٖ وَيُسَبِّحُوْنَهٗ وَلَهٗ يَسْجُدُوْنَ ۝

২০৭। তশেংবমক নংগী মপুগী মনাক নকপশিং অদুদি পোংথোক চাউথোক্তে মহাক্কী থৌগল তৌবদা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা শৈশকই মহাক্কী মতিক মঙাল অমসুং সজদহ (দণ্ডবাৎ) তৌই মহাক্কী মমাংদা।

সজদহ

سُوْرَةُ الْاَنْفَالِ مَدَنِيَّةٌ (٨)

অল-অনফাল সূরহ ৮

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ৭৬নি)

১ নবা রুকূ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ١

২। মখোইনা হঙলি নংঙোন্দা (লান্দা) য়েক্লবদগী মুল্লকপা পোৎ-চৈগী মরমদা। হায়য়ু (মখোইদা): "য়েক্লবদগী মুল্লকপা পোৎ-চৈদি অল্লাহ অমসুং রসুলগীনি। মরম অদুনা কিয়ু অল্লাহবু অমসুং আপসদা তাইশিল্লৌ য়ানদবা রাফমশিং নখোইগী মরক্তা, অমসুং হায়বা ইল্লু অল্লাহ অমসুং রসুলনা, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা থাজবশিং।"

يَسْـَٔلُوْنَكَ عَنِ الْاَنْفَالِ ؕ قُلِ الْاَنْفَالُ لِلّٰهِ وَالرَّسُوْلِ ۚ فَاتَّقُوا اللّٰهَ وَاَصْلِحُوْا ذَاتَ بَيْنِكُمْ ۪ وَاَطِيْعُوا اللّٰهَ وَرَسُوْلَهٗۤ اِنْ كُنْتُمْ مُّؤْمِنِيْنَ ٢

৩। অচুম্বা থাজবশিংদি মখোই অদুনি মখোইগী মথম্মোইশিংনা থক-থক নীক্লা কিজে অল্লাহ (গী কোলোয় মিংলেন) পল্লকপদা, অমসুং মহাক্কী পাওজেনশিং থীথরকপদা মখোইদা মখোইগী ধর্ম্ম থাজবা (ঈনোৎ) হেনগৎহল্লি, অমসুং মখোইনা আশা তৌজে মখোইগী মপুদা—

اِنَّمَا الْمُؤْمِنُوْنَ الَّذِيْنَ اِذَا ذُكِرَ اللّٰهُ وَجِلَتْ قُلُوْبُهُمْ وَاِذَا تُلِيَتْ عَلَيْهِمْ اٰيٰتُهٗ زَادَتْهُمْ اِيْمَانًا وَّعَلٰى رَبِّهِمْ يَتَوَكَّلُوْنَ ٣

৪। মখোইদু নমাজ তৌই (অরেপ্পা মতমদা) অমসুং খরচ তৌই ঐখোইনা পীখিবা অদুদগী মখোইদা।

الَّذِيْنَ يُقِيْمُوْنَ الصَّلٰوةَ وَمِمَّا رَزَقْنٰهُمْ يُنْفِقُوْنَ ٤

৫। মখোইসি অচুম্বা থাজবশিংনি। মখোইগী লৈ (অরাংবা) থাক মখোইগী মপুগী মনাক্তা, অদুগী মথক্তা ঙাকপিবা (পাপ্তগী) অমসুং ইজ্জৎকী চিঞ্জাক।

اُولٰٓئِكَ هُمُ الْمُؤْمِنُوْنَ حَقًّا ؕ لَهُمْ دَرَجٰتٌ عِنْدَ رَبِّهِمْ وَمَغْفِرَةٌ وَّرِزْقٌ كَرِيْمٌ ٥

৬। (হায়খিবা) রারোল মতুংইল্লা নংগী মপুননি পুথোকপিরকখিবা নংবু (হে মুহম্মদ!) নংগী নয়ুমদগী, অচুম্বগা লোয়ননা, অচুম্বা থাজবশিংগী খুৎপু অমনা পামখিদ্রবা ফাওবদা (মদু)।

كَمَآ اَخْرَجَكَ رَبُّكَ مِنْۢ بَيْتِكَ بِالْحَقِّ ۪ وَاِنَّ فَرِيْقًا مِّنَ الْمُؤْمِنِيْنَ لَكٰرِهُوْنَ ٦

৭। (অচুম্বা থাজদবশিং) মখোইনা মরৈ য়েৎনখি

يُجَادِلُوْنَكَ فِى الْحَقِّ بَعْدَ مَا تَبَيَّنَ كَاَنَّمَا يُسَاقُوْنَ

إِلَى الْمَوْتِ وَهُمْ يَنْظُرُونَ ۝٦

নংগা (থৌদোক্কী) অচুম্বগী মরমদা মদু তশেং-তশেংলবা মতুংদা, মখোইবু হোইহজিনবগুম্মা অশিবগী মায়কৈদা মতম অদুদা মখোইনা (থাঙ্গৈশেংনা) উরবগুম্মা (মদু)।

وَإِذْ يَعِدُكُمُ اللّٰهُ إِحْدَى الطَّآئِفَتَيْنِ أَنَّهَا لَكُمْ وَتَوَدُّونَ أَنَّ غَيْرَ ذَاتِ الشَّوْكَةِ تَكُونُ لَكُمْ وَيُرِيدُ اللّٰهُ أَنْ يُحِقَّ الْحَقَّ بِكَلِمٰتِهِ وَيَقْطَعَ دَابِرَ الْكٰفِرِينَ ۝٧

৮। অদুগা (নীংশিঙভু মতমদু) অল্লাহনা রাশকপিখি নখোইদা মদুদি (য়েক্লবগী) খুৎপু অনিগী মরক্তা অমা ওইগদৌরি (ক্রক ক্রক য়েংনবা) নখোইগী অমসুং নখোইনা পামলম্মী (য়েংনবা) খুৎলাই পায়দবা অদু, তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা পামলম্মী অচুম্ববু চুম্মি হায়না খঙহনবা মহাক্কী রাহৈশিংনা অমসুং ককথৎপা মরা ফংনা অচুম্বা থাজদবশিংগী,

لِيُحِقَّ الْحَقَّ وَيُبْطِلَ الْبَاطِلَ وَلَوْ كَرِهَ الْمُجْرِمُونَ ۝٨

৯। অদুনা মহাকনা অচুম্ববু চুমহন্নবা অমসুং অরানববু লানহন্নবা, মরাল লৈরবশিংনা পামদ্ররসু (মদু)।

إِذْ تَسْتَغِيثُونَ رَبَّكُمْ فَاسْتَجَابَ لَكُمْ أَنِّي مُمِدُّكُمْ بِأَلْفٍ مِنَ الْمَلٰٓئِكَةِ مُرْدِفِينَ ۝٩

১০। (নীংশিঙভু) নখোইনা হায়জখিবদা তেংবাংবিনবগী নখোইগী মপুদা, মহাকনা পাওখুম্বিখি নখোইদা (অসি হায়দুনা)ঃ "ঐনা শোয়দনমক তেংবাংবিগনি নখোইবু ফরিশতহ লিশিং অমা থাবিরক্লুনা, অমগী মতুংদা অমা।

وَمَا جَعَلَهُ اللّٰهُ إِلَّا بُشْرٰى وَلِتَطْمَئِنَّ بِهِ قُلُوبُكُمْ ۚ وَمَا النَّصْرُ إِلَّا مِنْ عِنْدِ اللّٰهِ ۚ إِنَّ اللّٰهَ عَزِيزٌ حَكِيمٌ ۝١٠

১১। অদুগা অল্লাহনা পীখি মদু হরাওবা পাও ওইনবতা অমসুং মদুনা নখোইগী নথম্মোইশিং পোত্থাহন্নবা। তৌইগুম্বসুং মতেংদি লাকপনি অল্লাহতদগী। তশেংবমক অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

২ শুবা রুকূ

إِذْ يُغَشِّيكُمُ النُّعَاسَ أَمَنَةً مِنْهُ وَيُنَزِّلُ عَلَيْكُمْ مِنَ السَّمَآءِ مَآءً لِيُطَهِّرَكُمْ بِهِ وَيُذْهِبَ عَنْكُمْ رِجْزَ الشَّيْطٰنِ

১২। মহাকনা ফাওহনবিখি তুমনীংবা নখোইবু (খুদম অমা ওইনা) অকি-অখং কোকপগী মহাক্কী মায়কৈদগী, অমসুং হৈথবিখি নোং-ঈশিং নোংমদোলথক্তগী নখোইগী নথক্তা, অদুনা মদুগী মতেংনা মহাকনা শেংদোকপিনবা নখোইবু অমসুং লৌথোকপিনবা নখোইদগী শৈতানগী অমোৎপা,

وَلِيَرْبِطَ عَلٰى قُلُوْبِكُمْ وَيُثَبِّتَ بِهِ الْاَقْدَامَ ⑪

অমসুং অদুনা মহাকনা কনখৎহন্নবা নখোইগী নথম্মোইশিং অমসুং চেৎহন্নবা নখোইগী খোঙফম মদুনা।

اِذْ يُوْحِيْ رَبُّكَ اِلَى الْمَلٰٓئِكَةِ اَنِّيْ مَعَكُمْ فَثَبِّتُوا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا ۗ سَاُلْقِيْ فِيْ قُلُوْبِ الَّذِيْنَ كَفَرُوا الرُّعْبَ فَاضْرِبُوْا فَوْقَ الْاَعْنَاقِ وَاضْرِبُوْا مِنْهُمْ كُلَّ بَنَانٍ ⑫

১৩। (নীংশিঙঙু) নংগী মপুনা ফোংদোকপিখি ফরিশতহশিংদা (অসুম হায়না)ঃ "ঐনা লোয়নবিরি নখোইগা, মরম অদুনা চেৎহল্লু মপুকনিং অচুম্বা থাজবশিংদু। ঐনা হুনজিনবিগনি অকিবা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী মথম্মোই-শিংদা। মরম অদুনা (হে অচুম্বা থাজবশিং!) ফু মঙকশমশিংগী মথকথংবা শরুক্তা মখোইগী অমসুং ফুদেকও মখুৎশাগী মতাংশিং।"

ذٰلِكَ بِاَنَّهُمْ شَآقُّوا اللّٰهَ وَرَسُوْلَهٗ ۚ وَمَنْ يُّشَاقِقِ اللّٰهَ وَرَسُوْلَهٗ فَاِنَّ اللّٰهَ شَدِيْدُ الْعِقَابِ ⑬

১৪। (অৱাবা ফংফম থোকই) মদুগী মরমদি মখোইনা মায়োকনখি অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলগা। অদুগা কনাগুম্বনা মায়োক্লরবদি অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলগা, অদুগী মতমদা তশেংনমক অল্লাহদি শাথীবনি লমল খুম্বদা।

ذٰلِكُمْ فَذُوْقُوْهُ وَاَنَّ لِلْكٰفِرِيْنَ عَذَابَ النَّارِ ⑭

১৫। মদুনি (রায়েল-চৈরাক নখোইগী) মরমদুনা তংঙু মহাউ অসি, অমসুং (খঙঙু) লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগীদমক্তি চৈরাকনি মৈগী।

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْٓا اِذَا لَقِيْتُمُ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا زَحْفًا فَلَا تُوَلُّوْهُمُ الْاَدْبَارَ ⑮

১৬। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোইনা থেংনবদা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগা চৎখৎলকপদা (পরেং-পরেং লানগীদমক),নতুং ওনশনগনু মখোইদা।

وَمَنْ يُّوَلِّهِمْ يَوْمَئِذٍ دُبُرَهٗٓ اِلَّا مُتَحَرِّفًا لِّقِتَالٍ اَوْ مُتَحَيِّزًا اِلٰى فِئَةٍ فَقَدْ بَآءَ بِغَضَبٍ مِّنَ اللّٰهِ وَمَاْوٰىهُ جَهَنَّمُ ۗ وَبِئْسَ الْمَصِيْرُ ⑯

১৭। অদুগা কনাগুম্বনা তুং ওনশল্লবদি মখোইদা নুমিৎ অদুদা, লাম্মী শীন্দোক-শীনজিন তৌবগী নত্রগা (মশাগী অতোপ্পা) কাঙবুগা তিনশন্নবগী হোৎনবা নত্রবদি, মহাকনা তশেংনমক লৌশল্লি অল্লাহগী অশাউবা অমসুং মহাক্কী লৈফমদি যম লৈবাকনি, মদু ফত্তবা লমথুংফমনি।

فَلَمْ تَقْتُلُوْهُمْ وَلٰكِنَّ اللّٰهَ قَتَلَهُمْ ۖ وَمَا رَمَيْتَ اِذْ رَمَيْتَ وَلٰكِنَّ اللّٰهَ رَمٰى ۚ وَلِيُبْلِيَ الْمُؤْمِنِيْنَ مِنْهُ

১৮। মরম অদুনা (হে মুসলিমশিং!) নখোইনা হাৎখিদে মখোইবু, তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা হাৎপিখিবনি মখোইবু। অদুগা নংনা (হে নবী!) হুনখিবা নত্তে (নুংকুপ খুবাম অমা য়েক্লবশিংদা)

بَلَآءً حَسَنًا ۭ اِنَّ اللّٰهَ سَمِيْعٌ عَلِيْمٌ ۝١٧

নংনা হুনখিবা শাবদু, তৌইগুম্বসুং মদু অল্লাহনা হুনখিবনি (নংমক্তা হুনবা মানহনবিদুনা), অদুনা মহাকনা পীবিনবা অচুম্বা থাজবশিংদা থৌজাল অমা মহাক্কী মায়কৈদগী। তশেংবমক, অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

ذٰلِكُمْ وَاَنَّ اللّٰهَ مُوْهِنُ كَيْدِ الْكٰفِرِيْنَ ۝١٨

১৯। মদু (অদুম্মা থোকখ্রে) অমসুং (খঙজু) অল্লাহনা শোন্থহনবিগনি থৌশীন-থৌরাং লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী।

اِنْ تَسْتَفْتِحُوْا فَقَدْ جَآءَكُمُ الْفَتْحُ ۚ وَاِنْ تَنْتَهُوْا فَهُوَ خَيْرٌ لَّكُمْ ۚ وَاِنْ تَعُوْدُوْا نَعُدْ ۚ وَلَنْ تُغْنِيَ عَنْكُمْ فِئَتُكُمْ شَيْـًٔا وَّلَوْ كَثُرَتْ ۙ وَاَنَّ اللّٰهَ مَعَ الْمُؤْمِنِيْنَ ۝١٩

২০। (হে লমফৈ-খোঙফম্নবশিং!) নখোইনা হায়জখিবগী রায়েল বিচার তৌবিনবগী, অদুগী মতুংইন্না রায়েল বিচারদু তশেংনমক লাকখ্রে নখোইদা। অদুগা নখোইনা হল্লবদি, মদু হেন্না ফবনি নখোইগী: তৌইগুম্বসুং নখোইনা (অমুকহন্না) হল্লবদি (মী মাঙহন্নবা থবক্তা) ঐখোই (সু) হনগনি (রায়েল-চৈরাক্তা) অমসুং নখোইগী খুৎপুনা কান্নবা করিসু ওইরোই নখোইদা, মশিং য়ামলবসু; অমসুং (খঙজু) অল্লাহনা ইলোয়-লোয়নবি অচুম্বা থাজবশিংগা।

৩ শুবা রুকূ

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْٓا اَطِيْعُوا اللّٰهَ وَرَسُوْلَهٗ وَلَا تَوَلَّوْا عَنْهُ وَاَنْتُمْ تَسْمَعُوْنَ ۝٢٠

২১। হে অচুম্বা থাজবশিং! য়াথং ইল্লু অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলগী, অমসুং নমায় ওথোক্কনু মঙোন্দগী নখোইনা তারগা (মহাক্কী ময়াথংশিং)।

وَلَا تَكُوْنُوْا كَالَّذِيْنَ قَالُوْا سَمِعْنَا وَهُمْ لَا يَسْمَعُوْنَ ۝٢١

২২। অদুগা ওইগনু (মীরুবা) মখোইগুম্বা মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইনা তারে, "তৌইগুম্বসুং মখোইনা তাদে।

اِنَّ شَرَّ الدَّوَآبِّ عِنْدَ اللّٰهِ الصُّمُّ الْبُكْمُ الَّذِيْنَ لَا يَعْقِلُوْنَ ۝٢٢

২৩। তশেংবমক খ্বাইদগী হেন্না ফত্তবদি জীবশিংগী মরক্তা অল্লাহগী মিৎয়েংদা নাপ-ঙবনি (অমসুং) মরোল থোক্তবনি, মখোই করিসু খঙদে।

وَلَوْ عَلِمَ اللّٰهُ فِيْهِمْ خَيْرًا لَّاَسْمَعَهُمْ ۭ وَلَوْ اَسْمَعَهُمْ

২৪। অদুগা অল্লাহনা করিগুম্বা খঙলমলবদি অফবা খরা মখোইদা, মহাকনা তাহনবিরমগনি মখোইবু (নবীগী পাওজেন)। অদুগা মহাকনা

لِتَوَلَّوْا وَّهُمْ مُّعْرِضُوْنَ ۝٢٣

(হৌজিক) মখোইবু তাহল্লগসু, মখোই মমায় ওন্থোক্কনি (মপুকনিংনা) পামদদুনা।

يَاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوا اسْتَجِيْبُوْا لِلّٰهِ وَلِلرَّسُوْلِ اِذَا دَعَاكُمْ لِمَا يُحْيِيْكُمْ ۚ وَاعْلَمُوْٓا اَنَّ اللّٰهَ يَحُوْلُ بَيْنَ الْمَرْءِ وَقَلْبِهٖ وَاَنَّهٗٓ اِلَيْهِ تُحْشَرُوْنَ ۝٢٤

২৫। হে অচুম্বা থাজবশিং! পাওখুম্মু অল্লাহদা অমসুং মহাক্কী রসুলদা, মহাকনা কৌরকপদা নখোইবু অদুনা মহাকনা পীনবা নখোইদা হিংবা; অমসুং খঙজু অল্লাহদি লাকই মী অমসুং মহাক্কী থম্মোইগী মরক্তা, অমসুং মহাক্কী মায়কৈদা নখোইবু খোমজিনবিগনি।

وَاتَّقُوْا فِتْنَةً لَّا تُصِيْبَنَّ الَّذِيْنَ ظَلَمُوْا مِنْكُمْ خَآصَّةً ۚ وَاعْلَمُوْٓا اَنَّ اللّٰهَ شَدِيْدُ الْعِقَابِ ۝٢٥

২৬। অদুগা চেকশল্লু অরা-অনং অমা (তারক্কদৌব) দগী মদুনা থোমগায়রোই নখোইগী মরক্তা ফত্তরম লম্বীনবশিংবুতা খায়দোক্নুনা; অমসুং খঙজু অল্লাহদি শাথীবনি লমল খুম্বদা।

وَاذْكُرُوْٓا اِذْ اَنْتُمْ قَلِيْلٌ مُّسْتَضْعَفُوْنَ فِى الْاَرْضِ تَخَافُوْنَ اَنْ يَّتَخَطَّفَكُمُ النَّاسُ فَاٰوٰىكُمْ وَاَيَّدَكُمْ بِنَصْرِهٖ وَرَزَقَكُمْ مِّنَ الطَّيِّبٰتِ لَعَلَّكُمْ تَشْكُرُوْنَ ۝٢٦

২৭। অদুগা (নীংশিঙজু মতমদু) নখোই (মশিং) খরদা ঙাইরিঙৈদা অশোনবা ওইনা খন্নরম্মী (নখোইগী) লম অদুদা, অকিবা শরুক্করম্মী (অতোপ্পা) মীশিংনা ফাদুনা পুবিখিগদ্রা নখোইবু; তৌইগুম্বসুং মহাকনা পীবিখি চঙজফম নখোইবু অমসুং নপাঙ্গল কনহনবিখি নখোইবু মহাক্কী মতেংনা, অমসুং পীখি নখোইবু অফ-অফবা পোৎশিং অদুনা নখোইনা তৌবিমল খঙবা উৎচনবা।

يَاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا لَا تَخُوْنُوا اللّٰهَ وَالرَّسُوْلَ وَتَخُوْنُوْٓا اَمٰنٰتِكُمْ وَاَنْتُمْ تَعْلَمُوْنَ ۝٢٧

২৮। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোই তৌগনু থাজনঙাই ওইদবা অল্লাহ অমসুং রসুলদা, নত্তগা লৌনমগনু নখোইদা শীন্নরিবা পোৎ খঙনা-খঙনা।

وَاعْلَمُوْٓا اَنَّمَآ اَمْوَالُكُمْ وَاَوْلَادُكُمْ فِتْنَةٌ ۙ وَّاَنَّ اللّٰهَ عِنْدَهٗٓ اَجْرٌ عَظِيْمٌ ۝٢٨ ع

২৯। অদুগা খঙজু নখোইগী নরন-নথুম অমসুং নখোইগী নচা-নশুশিং চাং য়েংনবা (পোৎ) নি, অমসুং অল্লাহগী মনাক্তা লৈ (অচুম্বা লম্বীন-বশিংগী) অচৌবা মনা-মথিন।

৪ শুবা রুকূ

يَاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْٓا اِنْ تَتَّقُوا اللّٰهَ يَجْعَلْ لَّكُمْ

৩০। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোইনা ভক্তি লৈরবদি অল্লাহদা, মহাকনা পীবিগনি নখোইদা মান্নদবা তোখায়না খন্দোকপা পোৎ অমা অমসুং

লৌথোকপিগনি নখোইদগী নখোইগী ফত্তবশিং অমসুং কোকপিগনি নখোইবু (নপাপ)। অদুগা অল্লাহদি মপুনি অচৌবা থৌজালগী।

فُرْقَانًا وَّيُكَفِّرْ عَنْكُمْ سَيِّاٰتِكُمْ وَيَغْفِرْ لَكُمْ ۗ وَاللّٰهُ ذُو الْفَضْلِ الْعَظِيْمِ ﴿٢٩﴾

৩১। অদুগা (নীংশিংঙু মতমদু) লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা শরৌ শীনখি নংগী মায়োক্তা অদুনা মখোইনা ফাজন্দুনা থম্নবগী নংবু নত্রগা হাৎনবগী নংবু নত্রগা তাথোক্নবগী নংবু। অদুগা মখোইনা তৌখি থৌরাং অমসুং অল্লাহসু তৌখি থৌরাং; অমসুং অল্লাহনা খ্বাইদগী হেন্না খুজিন-থৌরাং হৈবনি।

وَاِذْ يَمْكُرُ بِكَ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا لِيُثْبِتُوْكَ اَوْ يَقْتُلُوْكَ اَوْ يُخْرِجُوْكَ ۗ وَيَمْكُرُوْنَ وَيَمْكُرُ اللّٰهُ ۗ وَاللّٰهُ خَيْرُ الْمٰكِرِيْنَ ﴿٣٠﴾

৩২। অদুগা ঐখোইগী পাওজেনশিং মখোইদা থীথদুনা তাহনবদা মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইনা তাখ্রে (মসি মমাংঙৈদা) ঐখোইনা পামলবদি, ঐখোইনা হায়দোকপা ঙম্মি মসিগা মান্নবা (ৱারেংশিং); মসি করিসু নত্তে থাইনগী ৱারী ৱাতাইশিংনি।"

وَاِذَا تُتْلٰى عَلَيْهِمْ اٰيٰتُنَا قَالُوْا قَدْ سَمِعْنَا لَوْ نَشَآءُ لَقُلْنَا مِثْلَ هٰذَآ ۙ اِنْ هٰذَآ اِلَّآ اَسَاطِيْرُ الْاَوَّلِيْنَ ﴿٣١﴾

৩৩। অদুগা (নীংশিংঙু মতমদু) মখোইনা হায়খি: "হো অল্লাহ! মসি থাঙ্গৈমকশেংনা অচুম্বা ওইরবদি নহাক্কী মায়কৈদগী, হৈথবিরকও ঐখোইগী ইথক্তা নুং মতুম নোংমদোলথক্তগী নত্তুগা থাবিরকও ঐখোইগী ইথক্তা অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈৱাক।"

وَاِذْ قَالُوا اللّٰهُمَّ اِنْ كَانَ هٰذَا هُوَ الْحَقَّ مِنْ عِنْدِكَ فَاَمْطِرْ عَلَيْنَا حِجَارَةً مِّنَ السَّمَآءِ اَوِ ائْتِنَا بِعَذَابٍ اَلِيْمٍ ﴿٣٢﴾

৩৪। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা থাবিনীংদে ৱায়েল চৈৱাক মখোইবু নংনা লৈরিঙৈদা মখোইগী মরক্তা; অমসুং অল্লাহনা ৱায়েল চৈৱাক থাবিরোই মখোইবু, মখোইনা (থৱাই য়াওনা) হায়জরিঙৈদা (মপাপশিং) ঙাকপিনবা।

وَمَا كَانَ اللّٰهُ لِيُعَذِّبَهُمْ وَاَنْتَ فِيْهِمْ ۗ وَمَا كَانَ اللّٰهُ مُعَذِّبَهُمْ وَهُمْ يَسْتَغْفِرُوْنَ ﴿٣٣﴾

৩৫। অদুগা মখোইগী করি মরম লৈবগে (হৌজিক) অল্লাহনা ৱায়েল-চৈৱাক থারোইদবগী মখোইবু, মখোইনা থিংথ্রবদা (মীশিংবু) মসজিদ অশেংবদগী অমসুং মখোইনা মদুগী ঙাক-শেনবা মী ফাওবা ওইদবদা? মসিগী (অচুম্বা) ঙাক-শেনবা মীদি ধর্ম্ম কায়দবশিং মখোই-

وَمَا لَهُمْ اَلَّا يُعَذِّبَهُمُ اللّٰهُ وَهُمْ يَصُدُّوْنَ عَنِ الْمَسْجِدِ الْحَرَامِ وَمَا كَانُوْٓا اَوْلِيَآءَهٗ ۗ اِنْ اَوْلِيَآؤُهٗٓ

তনি, তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা খঙদে।

إِلَّا الْمُتَّقُونَ وَلَٰكِنَّ أَكْثَرَهُمْ لَا يَعْلَمُونَ ۝

৩৬। অদুগা মখোইগী প্রার্থনাদি (অশেংবা) শঙ্গাই য়ুমজাও অসিদা করিসু নত্তে মচীন্দা মখুৎ-শাশিং থিংজিন্দুনা ফি লাউনা মখোন থোক্কবা কাম্বা অমসুং খুবাক প্রোপ-প্রোপ খুবনি। (মরম অদুনা মখোইদা অসুম্না য়াথংনবিগনি ঃ) "নখোই তংঙু চৈরাক মহাউ, মরমদি নখোই লমফৈ-খোঙফম্নরম্মী।"

وَمَا كَانَ صَلَاتُهُمْ عِنْدَ الْبَيْتِ إِلَّا مُكَاءً وَتَصْدِيَةً فَذُوقُوا الْعَذَابَ بِمَا كُنْتُمْ تَكْفُرُونَ ۝

৩৭। তশেংবমক লমফৈ-খোঙফম্নবশিং মখোইনা খরচ তৌই মখোইগী মরন-মথুম (মীশিংবু) থিংনবগী অল্লাহগী লম্বীদগী। মখোইনা অদুম খরচ তৌথগনি ; তৌইগুম্বসুং অদুগী তুংদা মদু ওইগনি মখোইদা নুংঙাইতনবগী মরম, অদুগী মতমদা মখোইবু লাকহৎপিগনি। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু জমা তৌবিগনি যম লৈবাক্তা,—

إِنَّ الَّذِينَ كَفَرُوا يُنْفِقُونَ أَمْوَالَهُمْ لِيَصُدُّوا عَنْ سَبِيلِ اللَّهِ ۚ فَسَيُنْفِقُونَهَا ثُمَّ تَكُونُ عَلَيْهِمْ حَسْرَةً ثُمَّ يُغْلَبُونَ ۗ وَالَّذِينَ كَفَرُوا إِلَىٰ جَهَنَّمَ يُحْشَرُونَ ۝

৩৮। অদুনা অল্লাহনা খায়দোকপিনবা ফত্তববু অফবদগী, অমসুং থম্বি ফত্তবদু, অমগী মথক্তা অতোপ্পা অমা, অমসুং পুল্লপ্লা পৈশনবিগনি মখোইবু (মপৈ ওইনা), মতমদুদা হুৎথবিগনি মখোইবু নরকদা। মখোইশিংসি মাঙজরবা-ঙাকনি।

لِيَمِيزَ اللَّهُ الْخَبِيثَ مِنَ الطَّيِّبِ وَيَجْعَلَ الْخَبِيثَ بَعْضَهُ عَلَىٰ بَعْضٍ فَيَرْكُمَهُ جَمِيعًا فَيَجْعَلَهُ فِي جَهَنَّمَ ۚ أُولَٰئِكَ هُمُ الْخَاسِرُونَ ۝

৫ শুবা রুকূ

৩৯। হায়য়ু লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদা, নখোইনা তোকলবদি (জুলম তৌবদগী) অশোনবা মুসলিমশিংবু), মখোইগী হৌখিবা (মরাল) শিং ঙাকপিগনি ; অমসুং মখোইনা (মী মহাওহন্নবা তৌবদা) অমুক হনজল্লবদি, মমাংগী মীরোনশিংগী থৌদোক (মখোইগী) মমাংদা হৌখ্রে।

قُلْ لِلَّذِينَ كَفَرُوا إِنْ يَنْتَهُوا يُغْفَرْ لَهُمْ مَا قَدْ سَلَفَ وَإِنْ يَعُودُوا فَقَدْ مَضَتْ سُنَّتُ الْأَوَّلِينَ ۝

৪০। অদুগা লড়াই তৌনৌ মখোইগা ঈরাং হৌদুনা ওৎ-নৈবা নেমদ্রিবা ফাওবা অমসুং ধর্ম্মদি

وَقَاتِلُوهُمْ حَتَّىٰ لَا تَكُونَ فِتْنَةٌ وَيَكُونَ الدِّينُ

كُلُّهُ لِلّٰهِ ۚ فَاِنِ انْتَهَوْا فَاِنَّ اللّٰهَ بِمَا يَعْمَلُوْنَ بَصِيْرٌ ﴿٣٩﴾

মপুংফানা অল্লাহগীদমকনি। তৌইগুম্বসুং মখোইনা তোকলবদি (য়াম্মা ফরে), মতাং অদুদা তশেংবমক অল্লাহনা চেকশন্না য়েংবিরি মখোইনা তৌবদু।

وَاِنْ تَوَلَّوْا فَاعْلَمُوْٓا اَنَّ اللّٰهَ مَوْلٰىكُمْ ؕ نِعْمَ الْمَوْلٰى وَنِعْمَ النَّصِيْرُ ﴿٤٠﴾

৪১। অদুগা মখোইনা তুং হন্দোকলবদি, মতমদুদা খঙজু অল্লাহদি নখোইগী ঙাক-শেনবিবনি—কয়াদা ফখ্রবা ঙাক-শেনবিবনো অমসুং কয়াদা ফখ্রবা তেংবাংবনো!

সিপারহ ১০ ঃ র'অলমূ

وَاعْلَمُوْٓا اَنَّمَا غَنِمْتُمْ مِّنْ شَيْءٍ فَاَنَّ لِلّٰهِ خُمُسَهٗ وَلِلرَّسُوْلِ وَلِذِى الْقُرْبٰى وَالْيَتٰمٰى وَالْمَسٰكِيْنِ وَابْنِ السَّبِيْلِ ۙ اِنْ كُنْتُمْ اٰمَنْتُمْ بِاللّٰهِ وَمَآ اَنْزَلْنَا عَلٰى عَبْدِنَا يَوْمَ الْفُرْقَانِ يَوْمَ الْتَقَى الْجَمْعٰنِ ؕ وَاللّٰهُ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيْرٌ ﴿٤١﴾

৪২। অদুগা খঙজু নখোইনা (লান্দা) ফংহৌবা অপুম্বগী, শরুক মঙা থোকপগী অমা পীগদবনি অল্লাহদা অমসুং রসুলদা অমসুং (মহাক্কী) অনকপা মরী-মতাশিংদা অমসুং পা-মা লৈতরবা মচাশিংদা অমসুং লাইর-চুখবশিংদা অমসুং লংফৈ চংপশিংদা, নখোইনা থাজরবদি অল্লাহদা অমসুং ঐখোইগী ইনাইদা ফোংলোকপিখিবা অদুদা মান্নদবা তোখায়না খন্দোকাখিবা নুমিত্তা হায়বদি তেঙ্গোল অনি থেঙ্গায়নখিবা নুমিৎ অদুদা। অদুগা অল্লাহদি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

اِذْ اَنْتُمْ بِالْعُدْوَةِ الدُّنْيَا وَهُمْ بِالْعُدْوَةِ الْقُصْوٰى وَالرَّكْبُ اَسْفَلَ مِنْكُمْ ؕ وَلَوْ تَوَاعَدْتُّمْ لَاخْتَلَفْتُمْ فِى الْمِيْعٰدِ ۙ وَلٰكِنْ لِّيَقْضِيَ اللّٰهُ اَمْرًا كَانَ مَفْعُوْلًا ۙ لِّيَهْلِكَ مَنْ هَلَكَ عَنْۢ بَيِّنَةٍ وَّيَحْيٰى مَنْ حَيَّ عَنْۢ بَيِّنَةٍ ؕ وَاِنَّ اللّٰهَ لَسَمِيْعٌ عَلِيْمٌ ﴿٤٢﴾

৪৩। (নীংশিঙজু) নখোই লৈরম্মী অনকপা মফমদা (তমগী) অমসুং মখোইনা লৈরম্মী অরাপ্পদা, অমসুং লপ্লোনবা চৎখিবা কাঙলুপনা লৈরম্মী নখোইগী মখাদা। অদুগা নখোই মশেল হায়ন-শীংনদুনা লেপলমলবদি (মখোইগা থেংননবগী) নখোই শোয়দনমক য়ানরমলোই লেপ্লবদু। তৌইগুম্বসুং (নখোই খুৎপু অনিবু থেঙ্গায়নহনবিখি) অদুনা অল্লাহনা থোকহন্নবগী থোকউ হায়না নোংদমখ্রবা থবক অমা; অদুনা (নুমিৎ অদুদা) কনাগুম্বা শিখিবনা তশেংবা খুদমগা লোয়ননা শিহিনবা অমসুং কনাগুম্বা হিংহৌবনা তশেংবা খুদমগা লোয়ননা হিংনবা। অদুগা তশেংবমক অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

إِذْ يُرِيكَهُمُ ٱللَّهُ فِى مَنَامِكَ قَلِيلًا ۖ وَلَوْ أَرَىٰكَهُمْ كَثِيرًا لَّفَشِلْتُمْ وَلَتَنَٰزَعْتُمْ فِى ٱلْأَمْرِ وَلَٰكِنَّ ٱللَّهَ سَلَّمَ ۗ إِنَّهُۥ عَلِيمٌۢ بِذَاتِ ٱلصُّدُورِ ﴿٤٣﴾

৪৪। (নীংশিঙুবু) অল্লাহনা উহনবিখি মখোইবু নংঙোন্দা নমঙদা(মখোই মশিং য়ামলবসু) খরদং ওইনা : অমসুং মহাকনা উহল্লমলবদি মখোইবু নংঙোন্দা মশিং য়াম্না, নখোই শোয়দনমক নথম্মোই শোন্থরমগনি অমসুং নহৈ-নহৈ চীন্দান্নরমগনি হীরমদুগী মরমদা ; তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা ঙাকপিখি নখোইবু। তশেংবমক মহাক্তি অখঙবনি (মীগী) থবাক মনুংদা লৈবসু।

وَإِذْ يُرِيكُمُوهُمْ إِذِ ٱلْتَقَيْتُمْ فِىٓ أَعْيُنِكُمْ قَلِيلًا وَيُقَلِّلُكُمْ فِىٓ أَعْيُنِهِمْ لِيَقْضِىَ ٱللَّهُ أَمْرًا كَانَ مَفْعُولًا ۗ وَإِلَى ٱللَّهِ تُرْجَعُ ٱلْأُمُورُ ﴿٤٤﴾ ع

৪৫। অদুগা (অমুকসু নীংশিঙবু) নখোইনা লান থেংনরমদাইদা, মহাকনা উহনবিখি মখোইবু নখোইদা খরদং ওইনা নখোইগী নমিৎশিংদা অমসুং উহনবিখি নখোইবু খরদং ওইনা মখোইগী মমিংশিংদা, অদুনা অল্লাহনা থোকহন্নবগী থোকও হায়না নোংদমখ্রবা থবক অমা। অদুগা অল্লাহদা থবক পুম্নমক্কী হনজনফমনি (অরোয়বা ব্রা লেপ্পবগীদমক)।

৬ শুবা রুকূ

يَٰٓأَيُّهَا ٱلَّذِينَ ءَامَنُوٓا۟ إِذَا لَقِيتُمْ فِئَةً فَٱثْبُتُوا۟ وَٱذْكُرُوا۟ ٱللَّهَ كَثِيرًا لَّعَلَّكُمْ تُفْلِحُونَ ﴿٤٥﴾

৪৬। হে অচুম্বা থাজবশিং ! নখোইনা থেঙ্গায়নবা মতমদা তেঙ্গোল অমগা, (পাখৎকনু) নপুকনিং চেৎশল্লু অমসুং নীংশিঙবু অল্লাহবু য়াম্না অদুনা নখোই নমায় পাকচনবা।

وَأَطِيعُوا۟ ٱللَّهَ وَرَسُولَهُۥ وَلَا تَنَٰزَعُوا۟ فَتَفْشَلُوا۟ وَتَذْهَبَ رِيحُكُمْ ۖ وَٱصْبِرُوٓا۟ ۚ إِنَّ ٱللَّهَ مَعَ ٱلصَّٰبِرِينَ ﴿٤٦﴾

৪৭। অদুগা ইল্লু ময়াথং অল্লাহগী অমসুং মহাক্কী রসুলগী অমসুং চীন্দান পাউদান্নগনু অমগা অমগা, নত্তুবদি নপুকনিং শোন্থখিগনি অমসুং নপাঙ্গল মাঙখিগনি ; তৌইগুম্বসুং অখাংকল্লু। তশেংবমক অল্লাহনা ইলোয়-লোয়নবি অখাংকনবশিংগা।

وَلَا تَكُونُوا۟ كَٱلَّذِينَ خَرَجُوا۟ مِن دِيَٰرِهِم بَطَرًا وَرِئَآءَ ٱلنَّاسِ وَيَصُدُّونَ عَن سَبِيلِ ٱللَّهِ ۚ وَٱللَّهُ بِمَا يَعْمَلُونَ مُحِيطٌ ﴿٤٧﴾

৪৮। অদুগা ওইগনু মখোইগুম— মখোইনা লাকখি মখোইগী ময়ুমশিংদগী পোংথোক-চাউথোক্লা, অমসুং মীশিংবু উহম্নীংবা (মশকফম) ওইনা, অমসুং মখোইনা থিংই (মীশিংবু) অল্লাহগী লম্বীদগী। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা পুংকোয়-কোয়শিল্লি মখোইনা তৌবা পুম্নমক।

৪৯। অদুগা (নীংশিঙবু) শৈতান্না উহনবিখি মখোইগী (ওৎ-নৈবগী) থবকশিং ফজবগুম্না মখোইদা অমসুং মহাকনা হায়খিঃ "মীশিংগী মরক্তা কনামতনা ঙমলোই লাকথুবা নখোইবু ঙসি কোরৌ নোংজাদা অমসুং ঐসে নখোইগী তেংবাংবনি।" তৌইগুম্বসুং লান্মী কাঙলুপ অনিদু অমগা অমগা মশক উনরকখিবদা মহাক খঙচৎ-চৎখি, অমসুং হায়খিঃ "তশেংবমক, ঐ করিসু তৌনঙাই লৈতে নখোইগা; তশেংবমক, ঐনা উই নখোইনা উদবদু। তশেংবমক, ঐনা কিজে অল্লাহবু; অমসুং অল্লাহদি তমথীবনি রায়েল-চৈরাক পীবদা।"

وَاِذْ زَيَّنَ لَهُمُ الشَّيْطٰنُ اَعْمَالَهُمْ وَقَالَ لَا غَالِبَ لَكُمُ الْيَوْمَ مِنَ النَّاسِ وَاِنِّيْ جَارٌ لَّكُمْ ۚ فَلَمَّا تَرَاءَتِ الْفِئَتٰنِ نَكَصَ عَلٰى عَقِبَيْهِ وَقَالَ اِنِّيْ بَرِيْٓءٌ مِّنْكُمْ اِنِّيْٓ اَرٰى مَا لَا تَرَوْنَ اِنِّيْٓ اَخَافُ اللّٰهَ ۗ وَاللّٰهُ شَدِيْدُ الْعِقَابِ ﴿٤٩﴾

৭ শুবা রুকূ

৫০। (নীংশিঙবু) ঈমান চেংজংবশিং অমসুং মথম্মোইশিংদা অনাবা পকপশিংনা হায়খিঃ "মখোইগী ধর্ম্মনা নমথাক তৌবিখ্রে মখোইসিবু।" তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা কন্না আশা তৌরবদি অল্লাহদা, অদুগী মতমদা, অল্লাহদি তশেংবমক পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

اِذْ يَقُوْلُ الْمُنٰفِقُوْنَ وَالَّذِيْنَ فِيْ قُلُوْبِهِمْ مَّرَضٌ غَرَّ هٰٓؤُلَآءِ دِيْنُهُمْ ۗ وَمَنْ يَّتَوَكَّلْ عَلَى اللّٰهِ فَاِنَّ اللّٰهَ عَزِيْزٌ حَكِيْمٌ ﴿٥٠﴾

৫১। অদুগা নংনা করিগুম্বা উরমলবদি, ফরিশতহশিংনা থরাই লৌবা মতমদা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী ফুগায়দুনা মখোইগী মমায়শিং অমসুং মখোইগী মনঙ্গলশিং (অসি হায়দুনা): "তংঙু মহাউ অচাকপা মৈগী চৈরাক।

وَلَوْ تَرٰٓى اِذْ يَتَوَفَّى الَّذِيْنَ كَفَرُوا ۙ الْمَلٰٓئِكَةُ يَضْرِبُوْنَ وُجُوْهَهُمْ وَاَدْبَارَهُمْ ۚ وَذُوْقُوْا عَذَابَ الْحَرِيْقِ ﴿٥١﴾

৫২ "(চৈরাক) অসি নখোইগী নখুৎশিংনা নমাংদা থাজখিবা অদুগী মরমগীনি, অমসুং অল্লাহনা তৌবিদে চুমদবা করিমতা ফাওবা মহাক্কী মনাইশিংদা।"

ذٰلِكَ بِمَا قَدَّمَتْ اَيْدِيْكُمْ وَاَنَّ اللّٰهَ لَيْسَ بِظَلَّامٍ لِّلْعَبِيْدِ ﴿٥٢﴾

৫৩। (মখোইগী) মান্নবা মতৌদি ফিরঔনগী কাঙলুপ অমসুং মখোইগী মমাংদা লৈরম্বশিং-গুম্বনি। মখোইনা য়াখিদে অল্লাহগী পাওজেনশিংবু; মরম অদুনা অল্লাহনা চৈরাক

كَدَاْبِ اٰلِ فِرْعَوْنَ ۙ وَالَّذِيْنَ مِنْ قَبْلِهِمْ ۗ كَفَرُوْا بِاٰيٰتِ اللّٰهِ فَاَخَذَهُمُ اللّٰهُ بِذُنُوْبِهِمْ ۗ اِنَّ اللّٰهَ

قَوِيٌّ شَدِيْدُ الْعِقَابِ ﴿٥٣﴾

থাবিখি মখোইবু মখোইগী মপাপশিংগী দমক। থাঙ্গেশেংবমক অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, তমথীবনি চৈরাক পীবদা।

ذٰلِكَ بِاَنَّ اللّٰهَ لَمْ يَكُ مُغَيِّرًا نِّعْمَةً اَنْعَمَهَا عَلٰى قَوْمٍ حَتّٰى يُغَيِّرُوْا مَا بِاَنْفُسِهِمْ وَاَنَّ اللّٰهَ سَمِيْعٌ عَلِيْمٌ ﴿٥٤﴾

৫৪। মসিগী মরমদি অল্লাহনা কদৌনুংদসু ওন্থোক-ওনশিন তৌবিদে মহাক্কী থৌজাল মদু মহাকনা পীবিখ্রবদা কাঙলুপ অমদা মখোইনা ওন্দরিবা ফাওবা মখোইগী ফিবম, অমসুং অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

كَدَاْبِ اٰلِ فِرْعَوْنَ وَالَّذِيْنَ مِنْ قَبْلِهِمْ كَذَّبُوْا بِاٰيٰتِ رَبِّهِمْ فَاَهْلَكْنٰهُمْ بِذُنُوْبِهِمْ وَاَغْرَقْنَآ اٰلَ فِرْعَوْنَ وَكُلٌّ كَانُوْا ظٰلِمِيْنَ ﴿٥٥﴾

৫৫। (মখোইগী) মান্নবা মতৌদি ফিরঔনগী কাঙলুপ অমসুং মখোইগী মমাংদা লৈরম্বশিং-গুম্বনি। মখোইনা য়াখিদে মখোইগী মপুগী পাওজেনশিংবু; মরম অদুনা ঐখোইনা তুম্না মাঙহনবিখি মখোইবু মখোইগী মপাপশিংগী-দমক। অদুগা ঐখোইনা ঈরাকশিনহনবিখি ফিরঔনগী মীশিংবু, মরমদি মখোই পুম্নমক অরানবা লম্বীনখিবশিংনি।

اِنَّ شَرَّ الدَّوَآبِّ عِنْدَ اللّٰهِ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا فَهُمْ لَا يُؤْمِنُوْنَ ﴿٥٦﴾

৫৬। তশেংবমক খ্বাইদগী হেন্না ফত্তবদি জীবশিংগী মরক্তা অল্লাহগী মিৎয়েংদা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনি; মরমদুনা মখোই কদৌঙৈদসু অচুম্বা থাজররোই।

اَلَّذِيْنَ عٰهَدْتَّ مِنْهُمْ ثُمَّ يَنْقُضُوْنَ عَهْدَهُمْ فِيْ كُلِّ مَرَّةٍ وَّهُمْ لَا يَتَّقُوْنَ ﴿٥٧﴾

৫৭। নংনা করার তৌনখিবশিংদো, অদুগী তুংদা মখোইনা হেক-হেক থুগায় মখোইগী করার মতম খুদিংদা, অমসুং মখোইনা করিসু কিদে (অল্লাহবু)।

فَاِمَّا تَثْقَفَنَّهُمْ فِي الْحَرْبِ فَشَرِّدْ بِهِمْ مَّنْ خَلْفَهُمْ لَعَلَّهُمْ يَذَّكَّرُوْنَ ﴿٥٨﴾

৫৮। মরম অদুনা নংনা ফারবদি মখোইবু লান্দা, তানখায়যু মখোইগী মতেংনা মখোইগী মতুংদা লৈবশিংবু, অদুনা মখোই নীংশিঙদুনা লৈনবা।

وَاِمَّا تَخَافَنَّ مِنْ قَوْمٍ خِيَانَةً فَانْۢبِذْ اِلَيْهِمْ عَلٰى سَوَآءٍ اِنَّ اللّٰهَ لَا يُحِبُّ الْخَآئِنِيْنَ ﴿٥٩﴾ ع

৫৯। অদুগা নংনা কিরবদি কন্নাগুম্বা কাঙলুপ অমনা নমথাক তৌরক্কনি হায়না, লংশিনবিখো মখোইদা (মখোইগী করার অদু) চপমান্নবা থৌওংদা। থাঙ্গেশেংবমক অল্লাহনা নুংশিবিদে নমথাক তৌবশিংবু।

৮ শুবা রুকূ

৬০। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা রাখল খন্দবা ওইসনু মখোই হেন্দোক্তুনা চেনবা ঙমগনি হায়না (অল্লাহগী-থৌরাংদগী)। তশেংবমক মখোই ঙমলোই নাত্থোকপা।

وَلَا يَحْسَبَنَّ الَّذِينَ كَفَرُوا سَبَقُوا ۚ إِنَّهُمْ لَا يُعْجِزُونَ ۝٦٠

৬১। অদুগা থৌরাং তৌ মখোইবু (লাত্থেংননবা) নখোইনা ঙম্বমখৈ লাম্মী অমসুং শগোলশিং জমা তৌশন্দুনা লৈবাক্কী পনখৈদা, মদুনা নখোইনা কিহন্নবা অল্লাহগী য়েক্কবা অমসুং নখোইগী য়েক্কবা অমসুং মখোই নত্তবা অতোপ্পশিং, নখোইনা খঙদে মখোইবু, অল্লাহদি খঙই মখোইবু। অদুগা নখোইনা খরচ তৌবমখৈ অল্লাহগী লম্বীদা, মদু পীবিরক্কনি অমুকহন্না নখোইদা পুরা ওইনা অমসুং নখোইবু চুমদনা খক তৌবিরোই।

وَأَعِدُّوا لَهُم مَّا اسْتَطَعْتُم مِّن قُوَّةٍ وَمِن رِّبَاطِ الْخَيْلِ تُرْهِبُونَ بِهِ عَدُوَّ اللَّهِ وَعَدُوَّكُمْ وَآخَرِينَ مِن دُونِهِمْ لَا تَعْلَمُونَهُمُ اللَّهُ يَعْلَمُهُمْ ۚ وَمَا تُنفِقُوا مِن شَيْءٍ فِي سَبِيلِ اللَّهِ يُوَفَّ إِلَيْكُمْ وَأَنتُمْ لَا تُظْلَمُونَ ۝٦١

৬২। অদুগা মখোইনা করিগুম্বা শান্তি পামলবদি, নংসু য়াও মদু অমসুং আশা তৌ অল্লাহদা। তশেংবমক মহাক্তি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

وَإِن جَنَحُوا لِلسَّلْمِ فَاجْنَحْ لَهَا وَتَوَكَّلْ عَلَى اللَّهِ ۚ إِنَّهُ هُوَ السَّمِيعُ الْعَلِيمُ ۝٦٢

৬৩। অদুগা মখোইনা নীংলবদি লৌনম তৌগে হায়না নংবু, অদুগী মতমদা তশেংনমক অল্লাহনা ওকলে নংগীদি। মহাকননি হেনগৎহনবিখিবা নংগী পাঙ্গল মহাক্কী মতেং (পীনবিদু) না অমসুং লোয়নহনবিদুনা অচুম্বা থাজবশিং,

وَإِن يُرِيدُوا أَن يَخْدَعُوكَ فَإِنَّ حَسْبَكَ اللَّهُ ۚ هُوَ الَّذِي أَيَّدَكَ بِنَصْرِهِ وَبِالْمُؤْمِنِينَ ۝٦٣

৬৪। অমসুং মহাকনা তিন্নহনবিখি মখোইগী মথম্মোইশিং। নংনা খরচ তৌরমলগসু মালেমথক্তা লৈবা পুম্নমক, নংনা ঙমলম্মোই তিন্নহনবা মখোইগী মথম্মোইশিং, তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা তিন্নহনবিখি মখোইবু। তশেংবমক মহাক্তি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَأَلَّفَ بَيْنَ قُلُوبِهِمْ ۚ لَوْ أَنفَقْتَ مَا فِي الْأَرْضِ جَمِيعًا مَّا أَلَّفْتَ بَيْنَ قُلُوبِهِمْ وَلَٰكِنَّ اللَّهَ أَلَّفَ بَيْنَهُمْ ۚ إِنَّهُ عَزِيزٌ حَكِيمٌ ۝٦٤

৬৫। হে নবী! অল্লাহনা ওকলে নংগী অমসুং নংগী নতুং ইনবা অচুম্বা থাজবশিংগী (সু)।

يَا أَيُّهَا النَّبِيُّ حَسْبُكَ اللَّهُ وَمَنِ اتَّبَعَكَ مِنَ الْمُؤْمِنِينَ ۝٦٤ ع

৯ শুবা রুকূ

৬৬। হে নবী! তকশল্লু অচুম্বা থাজবশিংবু লান শোকনৌ হায়না। নখোইগী মরক্তা অখাংকনবা মী কুন লৈরবদি, নখোইনা লাকথুবা ওমগনি চনি; অমসুং নখোইগী চামা লৈরবদি, নখোইনা লাকথুবা ওমগনি লমকৈ-খোঙকম্নবা লিশিং অমা, মরমদি নখোই করিস্ত খঙদবা কাঙলুপনি।

يٰٓاَيُّهَا النَّبِيُّ حَرِّضِ الْمُؤْمِنِيْنَ عَلَى الْقِتَالِ ۭ اِنْ يَّكُنْ مِّنْكُمْ عِشْرُوْنَ صٰبِرُوْنَ يَغْلِبُوْا مِائَتَيْنِ ۚ وَاِنْ يَّكُنْ مِّنْكُمْ مِّائَةٌ يَّغْلِبُوْٓا اَلْفًا مِّنَ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا بِاَنَّهُمْ قَوْمٌ لَّا يَفْقَهُوْنَ ﴿٦٦﴾

৬৭। হৌজিক অল্লাহনা য়াংহনবিখ্রে নখোইগী পোৎলুম, করিনা হায়নবু মহাকনা খঙই নখোই শোল্লি। মরম অদুনা নখোইগী (অখাংকনবা) লিশিং অমা লৈরবদি, নখোইনা লাকথুবা ওমগনি (য়েক্লবা) লিশিং অনি অল্লাহগী হুকুমনা। অদুগা অল্লাহদি (মতম-পুম্বদা) ইলোয়-লোয়নবি অখাংকনবশিংগা।

اَلْـٰٔنَ خَفَّفَ اللّٰهُ عَنْكُمْ وَعَلِمَ اَنَّ فِيْكُمْ ضَعْفًا ۭ فَاِنْ يَّكُنْ مِّنْكُمْ مِّائَةٌ صَابِرَةٌ يَّغْلِبُوْا مِائَتَيْنِ ۚ وَاِنْ يَّكُنْ مِّنْكُمْ اَلْفٌ يَّغْلِبُوْٓا اَلْفَيْنِ بِاِذْنِ اللّٰهِ ۭ وَاللّٰهُ مَعَ الصّٰبِرِيْنَ ﴿٦٧﴾

৬৮। মসি নতিক চাদবা রানি মদুদি নবী অমনা হেক্তেনক কাজনগনি বন্দীশিং মহাকনা লালাউ লানশীংনদুনা লান শোকুন্দরিবা ফাওবা (করিগুম্বা) লৈবাক্তা। নখোইনা পামই তাইবঙপানবগী মাল চাং, তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা পামই (নখোইগীদমক্তা) আখেরতবু। অদুগা অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

مَا كَانَ لِنَبِيٍّ اَنْ يَّكُوْنَ لَهٗٓ اَسْرٰى حَتّٰي يُثْخِنَ فِي الْاَرْضِ ۭ تُرِيْدُوْنَ عَرَضَ الدُّنْيَا ڰ وَاللّٰهُ يُرِيْدُ الْاٰخِرَةَ ۭ وَاللّٰهُ عَزِيْزٌ حَكِيْمٌ ﴿٦٨﴾

৬৯। হুকুম অমা অল্লাহদগী হান্নানা লাউথোকখিরমদ্রবদি, নখোইদা শোয়দনাক থোকলমগনি অচৌবা অরাবা অমা নখোইনা তৌগে হায়দুনা লেপখিবগী।

لَوْلَا كِتٰبٌ مِّنَ اللّٰهِ سَبَقَ لَمَسَّكُمْ فِيْمَآ اَخَذْتُمْ عَذَابٌ عَظِيْمٌ ﴿٦٩﴾

৭০। মরম অদুনা চাও নখোইনা ফংহৌবদু (লান্দা) আইন্না য়াবা অমসুং অশেংবা (মাল) ওইনা, অমসুং ভক্তি কৎলু অল্লাহদা। থাজ্ঞশেংবমক অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

فَكُلُوْا مِمَّا غَنِمْتُمْ حَلٰلًا طَيِّبًا ڮ وَّاتَّقُوا اللّٰهَ ۭ اِنَّ اللّٰهَ غَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ﴿٧٠﴾ ع

১০ শুবা রুকূ

৭১। হে নবী! নং হায়যু বন্দী ওইনা নখোইগী

يٰٓاَيُّهَا النَّبِيُّ قُلْ لِّمَنْ فِيْٓ اَيْدِيْكُمْ مِّنَ الْاَسْرٰٓى ۙ

إِنْ يَعْلَمِ اللَّهُ فِي قُلُوبِكُمْ خَيْرًا يُؤْتِكُمْ خَيْرًا مِمَّا أُخِذَ مِنْكُمْ وَيَغْفِرْ لَكُمْ وَاللَّهُ غَفُورٌ رَحِيمٌ ﴿٧٠﴾

খুদুমদা লৈরিবশিংদা : অল্লাহনা খঙলবদি অফবা খরদং (ইসলামদা চঙনীংবগী) নখোইগী নথম্মোইশিংদা মহাকনা পীবিগনি নখোইবু হেন্না ফবা নখোইদগী লৌখিবা অদুদগী, অমসুং ঙাকপিগনি নখোইবু। অদুগা অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَإِنْ يُرِيدُوا خِيَانَتَكَ فَقَدْ خَانُوا اللَّهَ مِنْ قَبْلُ فَأَمْكَنَ مِنْهُمْ وَاللَّهُ عَلِيمٌ حَكِيمٌ ﴿٧١﴾

৭১। অদুগা মখোইনা নমথাক তৌনীংলবদি নংঙোন্দা, মখোইনা হান্ননা নমথাক তৌখি অল্লাহদা, তৌইগুম্বসুং মহাকনা পীখি (নংবু) মথকথোংবা মখোইগী মথক্তা। অদুগা অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

إِنَّ الَّذِينَ آمَنُوا وَهَاجَرُوا وَجَاهَدُوا بِأَمْوَالِهِمْ وَأَنْفُسِهِمْ فِي سَبِيلِ اللَّهِ وَالَّذِينَ آوَوْا وَنَصَرُوا أُولَٰئِكَ بَعْضُهُمْ أَوْلِيَاءُ بَعْضٍ وَالَّذِينَ آمَنُوا وَلَمْ يُهَاجِرُوا مَا لَكُمْ مِنْ وَلَايَتِهِمْ مِنْ شَيْءٍ حَتَّىٰ يُهَاجِرُوا وَإِنِ اسْتَنْصَرُوكُمْ فِي الدِّينِ فَعَلَيْكُمُ النَّصْرُ إِلَّا عَلَىٰ قَوْمٍ بَيْنَكُمْ وَبَيْنَهُمْ مِيثَاقٌ وَاللَّهُ بِمَا تَعْمَلُونَ بَصِيرٌ ﴿٧٢﴾

৭৩। তশেংবমক অচুম্বা থাজখ্রবা অমসুং ময়ুম হোংখ্রবা অমসুং মচাক মরন পুথোক্লুনা অমসুং মথৱাইশিং কখোক্লুনা কন্না হোৎনখিবা অল্লাহগী লম্বীদা, অমসুং মখোইনা পীখিবা চঙজফম অমসুং তেংবাং, মখোইসি অমগা অমগা মরূপশিংনি। অদুগা অচুম্বা থাজখ্রবা তৌইগুম্বসুং ময়ুমদি হোংখিদবা মখোইগীদমক্তা, নখোই দায়ী পুফম থোক্তে মখোইগী ঙাক-শেনবিবগী মখোইনা ময়ুমশিং হোংলক্তরিবা ফাওবা। তৌইগুম্বসুং মখোইনা থিরকলবদি নখোইগী নতেং 'দীন' (ধর্ম্ম) গী মরমদা, নখোইগী নর্থৌনি তেংবাংবা (মখোইবু) নত্তনা মী কাঙলুপ অমগা নখোইগা সন্ধি তৌনখিবা। অদুগা (নীংশিঙু) অল্লাহনা ইউ-উই নখোইনা তৌরিবা-পুম্বা।

وَالَّذِينَ كَفَرُوا بَعْضُهُمْ أَوْلِيَاءُ بَعْضٍ إِلَّا تَفْعَلُوهُ تَكُنْ فِتْنَةٌ فِي الْأَرْضِ وَفَسَادٌ كَبِيرٌ ﴿٧٣﴾

৭৪। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিং মখোই অমগা অমগা মরূপশিংনি। নখোইনা তৌদ্রবদি (নখোইবু য়াথংনখিবদু), লৈবাক্তা থোক্কনি ফত্তবা অমসুং অচৌবা ঈরাং।

وَالَّذِينَ آمَنُوا وَهَاجَرُوا وَجَاهَدُوا فِي سَبِيلِ اللَّهِ وَالَّذِينَ آوَوْا وَنَصَرُوا أُولَٰئِكَ هُمُ الْمُؤْمِنُونَ حَقًّا

৭৫। অদুগা অচুম্বা থাজখ্রবশিং অমসুং ময়ুম হোংখিবা অমসুং কন্না হোৎনখিবা অল্লাহগী লম্বীদা, অমসুং (মদীনহদা) মখোইবু চঙজফম পীখিবা অমসুং তেংবাংখিবশিং—মখোই (কাঙবু

لَهُمْ مَّغْفِرَةٌ وَّرِزْقٌ كَرِيمٌ

অনিমক) অচুম্বা থাজবশিংনি। মখোই শোয়দনমক ফংগনি ঙাকপিবা অমসুং ইজ্জৎকী চিঞ্জাক।

وَالَّذِينَ آمَنُوا مِن بَعْدُ وَهَاجَرُوا وَجَاهَدُوا مَعَكُمْ فَأُولَٰئِكَ مِنكُمْ ۚ وَأُولُو الْأَرْحَامِ بَعْضُهُمْ أَوْلَىٰ بِبَعْضٍ فِي كِتَابِ اللَّهِ ۗ إِنَّ اللَّهَ بِكُلِّ شَيْءٍ عَلِيمٌ

৭৬। অদুগা অচুম্বা থাজবশিংদু অসিগী মতুংদা অমসুং মযুম হোংখিবা অমসুং কন্না হোৎনখিবা (অল্লাহগী লম্বীদা) নখোইগা লোয়ননা, মখোই (সু) নখোইগীনি। তৌইগুম্বসুং ঈ মরী থোক্নবনা নকশিন্নবা হেল্লি অমগা অমগা অল্লাহগী কিতাবদা। তশেংবমক অল্লাহনা মুন্না খঙই পোৎ পুম্নমক।



অল-তৌবহ সূরহ ৯

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ১২৯)

১ নবা রুকূ

بَرَاءَةٌ مِّنَ اللَّهِ وَرَسُولِهِ إِلَى الَّذِينَ عَاهَدتُّم مِّنَ الْمُشْرِكِينَ

১। মসি লাউথোকপনি (মরাল) ঙাকপিবগী অল্লাহনা অমসুং মহাক্কী রসুলনা লাইয়াম ঈরাৎপশিং মখোইদা নখোইনা রাকম অমা লেপ্লখি (মদুদি ইসলামনা জয় তৌগনি অরবদা)।

فَسِيحُوا فِي الْأَرْضِ أَرْبَعَةَ أَشْهُرٍ وَاعْلَمُوا أَنَّكُمْ غَيْرُ مُعْجِزِي اللَّهِ ۙ وَأَنَّ اللَّهَ مُخْزِي الْكَافِرِينَ

২। মরম অসিনা (হে লাইয়াম ঈরাৎপশিং!) নখোই চহৎলু লৈবাক (অপুম্ব) দা থাবুম মরি অমসুং খঙজু নখোইনা ঙমলোই থুগায়বা অল্লাহগী (থৌরাং), অমসুং অল্লাহনা ঈকাইবা শরুক্ক-হনবিগনি নিন্দা তৌদুনতা লৈবশিংবু।

وَأَذَانٌ مِّنَ اللَّهِ وَرَسُولِهِ إِلَى النَّاسِ يَوْمَ الْحَجِّ الْأَكْبَرِ أَنَّ اللَّهَ بَرِيءٌ مِّنَ الْمُشْرِكِينَ ۙ وَرَسُولُهُ ۚ فَإِن تُبْتُمْ فَهُوَ خَيْرٌ لَّكُمْ ۖ وَإِن تَوَلَّيْتُمْ فَاعْلَمُوا

৩। অদুগা মসি লাউথোকপিবনি অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলদগী মীয়াম (তিনখিব) দা অচৌবা হজ্জগী নুমিত্তা, মদুদি অল্লাহনা থাদোকপিরে (সন্ধি) তৌনখিবশিং লাইয়াম ঈরাৎপশিংগা অমসুং মহাক্কী রসুলনসু অদুম্মক তৌরে। নখোইনা নুংনাংবা ফোংদোকলবদি, নখোইগী হেন্না অফবনি; তৌইগুম্বসুং নখোইনা নমায়

ওন্থোকলবদি, খঙঙু নখোইনা ঙমলোই থুগায়বা (থৌরাং) অল্লাহগী। অদুগা থুংঙু পাওজেন অৱাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক লমফে-খোঙফম্নবা মখোইদুদা.

أَنَّكُمْ غَيْرُ مُعْجِزِي اللَّهِ ۗ وَبَشِّرِ الَّذِينَ كَفَرُوا بِعَذَابٍ أَلِيمٍ ③

৪। নত্তনা লাইয়াম ঈরাৎপশিংদু মখোইগা নখোইনা করার তৌনখিবদু, অদুগী তুংদা মখোইনা তৌখিদে অকায়বা করিমতা নখোইদা অমসুং শৌগৎখিদে কনাবুসু নখোইগী মায়োক্তা। মরম অদুনা পুরা তৌ (নখোইনা) তৌনখিবা করার অদু মখোইগা লেপনখিবা মতম য়ৌদরিবা ফাওবা। তশেংবমক অল্লাহনা নুংশিবি ধর্ম্ম কায়দবাশিংবু।

إِلَّا الَّذِينَ عَاهَدْتُمْ مِنَ الْمُشْرِكِينَ ثُمَّ لَمْ يَنْقُصُوكُمْ شَيْئًا وَلَمْ يُظَاهِرُوا عَلَيْكُمْ أَحَدًا فَأَتِمُّوا إِلَيْهِمْ عَهْدَهُمْ إِلَىٰ مُدَّتِهِمْ ۚ إِنَّ اللَّهَ يُحِبُّ الْمُتَّقِينَ ④

৫। মরম অদুনা অথিংবা থাজাশিং হৌখ্রবদা, হাৎলু (রাকায়শুবা) লাইয়াম ঈরাৎপশিংবু, নখোইনা ফংবা মফমদা মখোইবু, অমসুং ফাজল্লু মখোইবু (বন্দী ওইনা) অমসুং লাঙ্গোয় চনশল্লু মখোইবু অমসুং লুমদুনা লৈয়ু মখোইবু লাল্লুমফম খুদিংদা। তৌইগুম্বসুং মখোইনা (মপুকচেন তিংনা) নুংনাংবা ফোংদোকচরবদি অমসুং নমাজ তৌরবদি অমসুং জকাত পীরবদি, অদুগী মতমদা থাদোকপিয়ু মখোইগী লম্বী অপন-অরাক লৈতনা। থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

فَإِذَا انْسَلَخَ الْأَشْهُرُ الْحُرُمُ فَاقْتُلُوا الْمُشْرِكِينَ حَيْثُ وَجَدْتُمُوهُمْ وَخُذُوهُمْ وَاحْصُرُوهُمْ وَاقْعُدُوا لَهُمْ كُلَّ مَرْصَدٍ ۚ فَإِنْ تَابُوا وَأَقَامُوا الصَّلَاةَ وَآتَوُا الزَّكَاةَ فَخَلُّوا سَبِيلَهُمْ ۚ إِنَّ اللَّهَ غَفُورٌ رَحِيمٌ ⑤

৬। অদুগা লাইয়াম ঈরাৎপশিংগী কনাগুম্বনা হায়জরকলবদি নংঙোন্দা ঙাকপিনবগী, ঙাকপিয়ু মহাকপু মহাকনা তাবা য়ানবা অল্লাহগী ৱাহৈ; অদুগী তুংদা থাবিখো মহাকপু মহাক্কী খুদোংথীবা লৈতবা মফমদা। মদুগী মরমদি মখোই করিসু খঙদবা মীশিংনি।

وَإِنْ أَحَدٌ مِنَ الْمُشْرِكِينَ اسْتَجَارَكَ فَأَجِرْهُ حَتَّىٰ يَسْمَعَ كَلَامَ اللَّهِ ثُمَّ أَبْلِغْهُ مَأْمَنَهُ ۚ ذَٰلِكَ بِأَنَّهُمْ قَوْمٌ لَا يَعْلَمُونَ ⑥ ع

২ শুবা রুকূ

৭। মতৌ করম্না করার অমা তৌবিগনি লাইয়াম ঈরাৎপশিংগী দমক্তা অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলনা, নত্তনা মখোইদুগী মখোইগা নখোইগা

كَيْفَ يَكُونُ لِلْمُشْرِكِينَ عَهْدٌ عِنْدَ اللَّهِ وَعِنْدَ رَسُولِهِ إِلَّا الَّذِينَ عَاهَدْتُمْ عِنْدَ الْمَسْجِدِ الْحَرَامِ ۖ فَمَا

اسْتَقَامُوا لَكُمْ فَاسْتَقِيمُوا لَهُمْ ۚ إِنَّ اللَّهَ يُحِبُّ الْمُتَّقِينَ ⑦

করার তৌনখিবদু মসজিদ অশেংবদা? মরম অদুনা, মখোইনা মপুকচেন চুম্না তৌরিবমখে নখোইদা, নখোইসু নপুকচেন চুম্না তৌবিয়ু মখোইবু। তশেংবমক অল্লাহনা নুংশিবি ধর্ম্ম কায়দবশিংবু।

كَيْفَ وَإِنْ يَظْهَرُوا عَلَيْكُمْ لَا يَرْقُبُوا فِيكُمْ إِلًّا وَلَا ذِمَّةً ۚ يُرْضُونَكُمْ بِأَفْوَاهِهِمْ وَتَأْبَىٰ قُلُوبُهُمْ وَأَكْثَرُهُمْ فَاسِقُونَ ⑧

৮। মতৌ করম্না (তৌবা ঙমগনি মদু)? করিগুম্বা মখোইনা লাকচবা ঙমগদবা লৈরবদি নখোইবু, মখোইনা করিসু য়েংদে মরী-মতা থোক্লবগী নখোইগা নত্তগা করার তৌনখিবদু নখোইগা। মখোইনা পেনহন্নীংই নখোইবু মখোইগী মচীনশিংনা, তৌইগুম্বসুং মখোইগী মথম্মোই-শিংনদি য়্মনীংদে (নখোইবু), অমসুং মখোই অয়াম্বা লমকেৎ-লমহাইবশিংনি।

اشْتَرَوْا بِآيَاتِ اللَّهِ ثَمَنًا قَلِيلًا فَصَدُّوا عَنْ سَبِيلِهِ ۚ إِنَّهُمْ سَاءَ مَا كَانُوا يَعْمَلُونَ ⑨

৯। মখোইনা লপ্লোন তৌদুনা য়োথোকই অল্লাহগী পাওজেনশিংবু মমল খজিক্তংদা, মরম অদুনা মখোইনা থিংই (মীশিংবু) অল্লাহগী লম্বীদগী। তশেংবমক ফত্তবনি মখোইনা তৌরিবা (থবকশিং) দু।

لَا يَرْقُبُونَ فِي مُؤْمِنٍ إِلًّا وَلَا ذِمَّةً ۚ وَأُولَٰئِكَ هُمُ الْمُعْتَدُونَ ⑩

১০। মখোইনা করিসু পররা ভৌদে অচুম্বা থাজবা অমগা মরী-মতা থোক্লবগী নত্তগা করার তৌনখিবগী। অদুগা মখোইসি পনখৈ রাংমা লনখ্রবাঙাকনি।

فَإِنْ تَابُوا وَأَقَامُوا الصَّلَاةَ وَآتَوُا الزَّكَاةَ فَإِخْوَانُكُمْ فِي الدِّينِ ۗ وَنُفَصِّلُ الْآيَاتِ لِقَوْمٍ يَعْلَمُونَ ⑪

১১। তৌইগুম্বসুং মখোইনা নুংনাংবা ফোংদোক-চরবদি অমসুং নমাজ তৌরবদি অমসুং জকাত পীরবদি, মওং মতাদুদা মখোই নখোইগী ধর্ম্মদা থাজবা ভায়াশিংনি। অদুগা ঐখোইনা তশেং-তশেংহনবি (ঐখোইগী) পাওজেনশিংবু অখঙবা মীশিংগীদমক্তা।

وَإِنْ نَكَثُوا أَيْمَانَهُمْ مِنْ بَعْدِ عَهْدِهِمْ وَطَعَنُوا فِي دِينِكُمْ فَقَاتِلُوا أَئِمَّةَ الْكُفْرِ ۙ إِنَّهُمْ لَا أَيْمَانَ

১২। অদুগা মখোইনা করিগুম্বা থুগায়রবদি মখোইগী ৱাশকশিং মখোইগী করার মতুংদা (নখোইগা) অমসুং খৎনবা হৌরবদি নখোইগী 'দীন' (ধর্ম্ম) বু, মতমদুদা লান শোক্লয়ো

لَهُمْ لَعَلَّهُمْ يَنْتَهُونَ ﴿١٢﴾

লমফৈ-খোঙফম্নবগী লুচিংবশিংদু—তদে: এখত় মখোইগী ৱাশকশিং করিসু ওইদে—অদুনা মখোই তোকখিনবা (তমথীবা শাজংসি)।

أَلَا تُقَاتِلُونَ قَوْمًا نَكَثُوا أَيْمَانَهُمْ وَهَمُّوا بِإِخْرَاجِ الرَّسُولِ وَهُمْ بَدَءُوكُمْ أَوَّلَ مَرَّةٍ ۚ أَتَخْشَوْنَهُمْ ۚ فَاللَّهُ أَحَقُّ أَنْ تَخْشَوْهُ إِنْ كُنْتُمْ مُؤْمِنِينَ ﴿١٣﴾

১৩। নখোইবু লান থেংনরোইদ্রা করার থুগায়খ্রবা মীশিংগা, অমসুং মখোইনা রা শুংনখ্রবদা তাথোক্লবা রসুলবু, অমসুং মখোইনা অহানবদা হৌখ্রবদা ওৎ-নৈবা নখোইবু? নখোই কিবরা মখোইবু? তৌইগুম্বসুং অল্লাহবু কিবনা নখোই ওইগনি হেন্না ফবা, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা থাজবশিং।

قَاتِلُوهُمْ يُعَذِّبْهُمُ اللَّهُ بِأَيْدِيكُمْ وَيُخْزِهِمْ وَيَنْصُرْكُمْ عَلَيْهِمْ وَيَشْفِ صُدُورَ قَوْمٍ مُؤْمِنِينَ ﴿١٤﴾

১৪। লান থেংনৌ মখোইবু, অল্লাহনা থাবিগনি চৈরাক মখোইবু নখোইগী নখুৎশিংদা, অমসুং ঈকাইবা ফংহলবিগনি মখোইবু, অমসুং তেংবাং-বিগনি নখোইবু (জয় ওইহন্নবা) মখোইগী মথক্তা অমসুং কোকহনবিগনি অচুম্বা থাজবা মীশিংগী পুকনিংশিংদা (শোকহনবশিং),

وَيُذْهِبْ غَيْظَ قُلُوبِهِمْ ۗ وَيَتُوبُ اللَّهُ عَلَىٰ مَنْ يَشَاءُ ۗ وَاللَّهُ عَلِيمٌ حَكِيمٌ ﴿١٥﴾

১৫। অমসুং লৌথোকপিগনি অশাউবা মখোইগী থম্মোইশিংগী। অদুগা অল্লাহনা নুংশিবি মহাকনা চানবিবা (মতিকচাবা) কনাগুম্বা অমবু; অমসুং অল্লাহদি পুংখঙ-খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

أَمْ حَسِبْتُمْ أَنْ تُتْرَكُوا وَلَمَّا يَعْلَمِ اللَّهُ الَّذِينَ جَاهَدُوا مِنْكُمْ وَلَمْ يَتَّخِذُوا مِنْ دُونِ اللَّهِ وَلَا رَسُولِهِ وَلَا الْمُؤْمِنِينَ وَلِيجَةً ۚ وَاللَّهُ خَبِيرٌ بِمَا تَعْمَلُونَ ﴿١٦﴾ ع

১৬। নখোইনা খনব্রা নখোইতবু হেক্তুমক থাদোকপিরগনি হায়না, অল্লাহনা খঙবিদরিঙৈদা নখোইগী মরক্তা মখোইশিংদু মখোইনা কন্না হোৎনবা (মহাক্কী লম্বীদা) অমসুং লৌদে কনামতবু চান্নবা মরূপ ওইনা হেন্দোক্লা অল্লাহদগী অমসুং মহাক্কী রসুলদগী অমসুং অচুম্বা থাজবশিংদগী? অদুগা অল্লাহদি খবররালনি নখোইনা তৌরিবা-পুম্বা।

৩ শুরা রুকূ

مَا كَانَ لِلْمُشْرِكِينَ أَنْ يَعْمُرُوا مَسَاجِدَ اللَّهِ شَاهِدِينَ

১৭। লাইয়াম ঈরাৎপশিং মতিকচাদে ঙাক-

শেনবা অল্লাহগী মসজিদশিংগী, মখোই মশানা লমফৈ-খোঙফম্নবনি হায়বা সাক্ষী পীজরবদা। মখোইসিগী থবকশিং অরেম্বনি; অমসুং খাম্বি মৈনুংদা মখোই লৈরগনি।

عَلٰٓى اَنْفُسِهِمْ بِالْكُفْرِ ۚ اُولٰٓئِكَ حَبِطَتْ اَعْمَالُهُمْ ۚ وَفِي النَّارِ هُمْ خٰلِدُوْنَ ﴿۱۷﴾

১৮। মসজিদশিং ঙাক-শেনগদবদি মহাকনি— মহাকনা থাজখ্রবা অল্লাহবু অমসুং অরোয়বা নুমিৎপু অমসুং নমাজ তৌরবা অমসুং জকাত পীরবা অমসুং কিদরবা কনাবুসু অল্লাহ নত্তনা। মরম অদুনা মখোইসি ওইবা য়াই লমজিং ফংখ্রবশিং।

اِنَّمَا يَعْمُرُ مَسٰجِدَ اللّٰهِ مَنْ اٰمَنَ بِاللّٰهِ وَالْيَوْمِ الْاٰخِرِ وَاَقَامَ الصَّلٰوةَ وَاٰتَى الزَّكٰوةَ وَلَمْ يَخْشَ اِلَّا اللّٰهَ فَعَسٰٓى اُولٰٓئِكَ اَنْ يَّكُوْنُوْا مِنَ الْمُهْتَدِيْنَ ﴿۱۸﴾

১৯। নখোইনা লৌখ্রা থক্লবা ঈশিং পীবা হজ্জ যাত্রিকশিংদা অমসুং ঙাক-শেনবা অশেংবা মসজিদকী মান্নবা (থবক) নি হায়না অল্লাহবু অমসুং অরোয়বা নুমিৎপু থাজখ্রবা অমসুং অল্লাহগী লম্বীদা কন্না হোৎনখ্রবা মহাক্কী থবকশিংগা? মখোই করিমতা মান্নদে অল্লাহগী মিৎয়েংদা। অদুগা অল্লাহনা লমজিংবিদে অরানবা লম্বীনবা মীশিংবু।

اَجَعَلْتُمْ سِقَايَةَ الْحَآجِّ وَعِمَارَةَ الْمَسْجِدِ الْحَرَامِ كَمَنْ اٰمَنَ بِاللّٰهِ وَالْيَوْمِ الْاٰخِرِ وَجٰهَدَ فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ ۚ لَا يَسْتَوٗنَ عِنْدَ اللّٰهِ ۚ وَاللّٰهُ لَا يَهْدِى الْقَوْمَ الظّٰلِمِيْنَ ﴿۱۹﴾

২০। অচুম্বা থাজখ্রবশিং অমসুং মযুম-মকৈশিং হোংখ্রবা (অল্লাহগীদমক্তা) অমসুং কন্না হোৎনখ্রবশিং অল্লাহগী লম্বীদা মখোইগী মরন-মথুম তামসুং মথৱাইশিংগা লোয়ননা মখোইদুনা থাক রাংবা হেল্লি অল্লাহগী মিৎয়েংদা। অদুগা মখোইসিনি মমায় পাক্কদবশিং।

اَلَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَهَاجَرُوْا وَجٰهَدُوْا فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ بِاَمْوَالِهِمْ وَاَنْفُسِهِمْ ۙ اَعْظَمُ دَرَجَةً عِنْدَ اللّٰهِ ۚ وَاُولٰٓئِكَ هُمُ الْفَآئِزُوْنَ ﴿۲۰﴾

২১। মখোইগী মপুনা পীরি মখোইদা হরাওবা পাও: মহাক্কী ঙাকপিবা অমসুং মহাক্কী য়াবিবা অমসুং স্বর্গ লৈকোনশিং—মদুগী মনুংদা লৈগনি লোম্বা নাইদবা নুংঙাইবা মখোইগীদমক্তা,

يُبَشِّرُهُمْ رَبُّهُمْ بِرَحْمَةٍ مِّنْهُ وَرِضْوَانٍ وَّجَنّٰتٍ لَّهُمْ فِيْهَا نَعِيْمٌ مُّقِيْمٌ ﴿۲۱﴾

২২। মখোই লৈগনি মনুং অদুদা মতম চুপ্পা। থাঙ্গেশেংবমক, অল্লাহগী মনাক্তা লৈ অচৌবা মনা-মথিন।

خٰلِدِيْنَ فِيْهَآ اَبَدًا ۗ اِنَّ اللّٰهَ عِنْدَهٗٓ اَجْرٌ عَظِيْمٌ ﴿۲۲﴾

২৩। হে অচুম্বা থাজবশিং! লৌগনু নখোইগী

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا لَا تَتَّخِذُوْٓا اٰبَآءَكُمْ وَاِخْوَانَكُمْ

أَوْلِيَآءَ إِنِ اسْتَحَبُّوا الْكُفْرَ عَلَى الْإِيمَانِ وَمَنْ يَتَوَلَّهُمْ مِّنْكُمْ فَأُولَٰئِكَ هُمُ الظَّٰلِمُونَ ﴿٢٣﴾

পম্খোশিং অমসুং নখোইগী নচিন ননাওশিংবু নখোইগী মরূপ-মপিজাশিং ওইনা, মখোইনা হেন্না পামশল্লবদি বিধর্ম্মবু ঈমান্দগী। অদুগা নখোইগী মরক্তুগী কনাগুম্বনা মরূপ লেংতিন্নরবদি মখোইগা, মখোইদু অরানবা লম্বীনবশিংনি।

قُلْ إِنْ كَانَ آبَآؤُكُمْ وَأَبْنَآؤُكُمْ وَإِخْوَانُكُمْ وَأَزْوَاجُكُمْ وَعَشِيرَتُكُمْ وَأَمْوَالٌ اقْتَرَفْتُمُوهَا وَتِجَارَةٌ تَخْشَوْنَ كَسَادَهَا وَمَسَٰكِنُ تَرْضَوْنَهَآ أَحَبَّ إِلَيْكُمْ مِّنَ اللَّهِ وَرَسُولِهِ وَجِهَادٍ فِي سَبِيلِهِ فَتَرَبَّصُوا حَتَّىٰ يَأْتِيَ اللَّهُ بِأَمْرِهِ وَاللَّهُ لَا يَهْدِي الْقَوْمَ الْفَٰسِقِينَ ﴿٢٤﴾ ع

২৪। হায়য়ু: নখোইগী পম্খোশিং, অমসুং নচা পিবাশিং, অমসুং নচিন ননাওশিং, অমসুং নখোইগী বীবীশিং, অমসুং নখোইগী মরী-মতাশিং, অমসুং নরন-নথুম নখোইনা তানশিনখিবশিং, অমসুং কারবার মদু হৃৎথখিগদ্রা হায়না নখোইনা কিবা, অমসুং লৈফমশিং নখোইনা পামজবদু—(পুম্নমকসি) নখোইনা হেন্না নুংশিরবদি অল্লাহদগী অমসুং মহাক্কী রসুলদগী অমসুং মহাক্কী লম্বীদা হোৎনবদগী, মওং মতাদুদা নখোই তঙাইখো অল্লাহনা থাবিরক্তরিবা ফাওবা মহাক্কী হুকুম। অদুগা অল্লাহনা লমজিংবিদে হায়বা ইন্দবা মীশিংবু।

৪ শুবা রুকূ

لَقَدْ نَصَرَكُمُ اللَّهُ فِي مَوَاطِنَ كَثِيرَةٍ وَيَوْمَ حُنَيْنٍ إِذْ أَعْجَبَتْكُمْ كَثْرَتُكُمْ فَلَمْ تُغْنِ عَنْكُمْ شَيْـًٔا وَضَاقَتْ عَلَيْكُمُ الْأَرْضُ بِمَا رَحُبَتْ ثُمَّ وَلَّيْتُمْ مُّدْبِرِينَ ﴿٢٥﴾

২৫। তশেংবমক অল্লাহনা তেংবাংবিখ্রে নখোইবু লানফম কয়াদা, অমসুং হুনৈনগী (লানগী) নুমিত্তা নখোইগী মশিং য়াম্বনা অথোই নাপলহনবিখি নখোইবু, তৌইগুম্বসুং মখোইনা সুবিধা করিসু ফংহনখিদে নখোইবু ; অমসুং লমলেন অদু চাওবদি চাওরগা খুজিনখি নখোইগীদমক, অদুগী মতমদা নখোই তুং হন্দোরকখি।

ثُمَّ أَنْزَلَ اللَّهُ سَكِينَتَهُ عَلَىٰ رَسُولِهِ وَعَلَى الْمُؤْمِنِينَ وَأَنْزَلَ جُنُودًا لَّمْ تَرَوْهَا وَعَذَّبَ الَّذِينَ كَفَرُوا وَذَٰلِكَ جَزَآءُ الْكَٰفِرِينَ ﴿٢٦﴾

২৬। মতমদুদা অল্লাহনা থাবিরকখি মহাক্কী অঙৈংবা মহাক্কী রসুলগী মথক্তা অমসুং অচুম্বা থাজবশিংগী (সু) মথক্তা, অমসুং মহাকনা থাবিরকখি তেঙ্গোলশিং (ফরিশতহগী) মদু নখোইনা উবা ফংখিদে, অমসুং মহাকনা চৈরাক পীবিখি লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু। অসিগুম্বনি মহৈ লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী।

ثُمَّ يَتُوبُ اللَّهُ مِنْ بَعْدِ ذَٰلِكَ عَلَىٰ مَنْ يَشَآءُ وَاللَّهُ

২৭। মরম অদুনা অল্লাহনা, মসিগী মতুংদা,

غَفُورٌ رَّحِيمٌ ﴿٢٧﴾

ওনশিনবিগনি মহাকনা চানবিবা (মতিকচাবা) কনাগুম্বা অমদা। অদুগা অল্লাহদি য়োনজ কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

يَٰٓأَيُّهَا ٱلَّذِينَ ءَامَنُوٓا۟ إِنَّمَا ٱلْمُشْرِكُونَ نَجَسٌ فَلَا يَقْرَبُوا۟ ٱلْمَسْجِدَ ٱلْحَرَامَ بَعْدَ عَامِهِمْ هَٰذَا ۚ وَإِنْ خِفْتُمْ عَيْلَةً فَسَوْفَ يُغْنِيكُمُ ٱللَّهُ مِن فَضْلِهِۦٓ إِن شَآءَ ۚ إِنَّ ٱللَّهَ عَلِيمٌ حَكِيمٌ ﴿٢٨﴾

২৮। হে অচুম্বা থাজবশিং! তশেংবমক লাইয়াম ঈরাৎপশিং (মপুকনিং) শেংদে, মরম অদুনা মখোই চঙশল্লোই মসজিদ অশেংবদা মখোইগী (থাদোকপিবগী) চহি অসিগী মতুংদা। অদুগা নখোইনা অকিবা শরুক্করবদি লাইরবা তানগনি হায়বগী, অল্লাহনা ইনাক খুনহনবিগনি নখোইবু মহাক্কী থৌজালদগী, মহাকনা চানবিরবদি। থাঙ্গৈশেংবমক, অল্লাহদি পুংখঙ-খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

قَٰتِلُوا۟ ٱلَّذِينَ لَا يُؤْمِنُونَ بِٱللَّهِ وَلَا بِٱلْيَوْمِ ٱلْءَاخِرِ وَلَا يُحَرِّمُونَ مَا حَرَّمَ ٱللَّهُ وَرَسُولُهُۥ وَلَا يَدِينُونَ دِينَ ٱلْحَقِّ مِنَ ٱلَّذِينَ أُوتُوا۟ ٱلْكِتَٰبَ حَتَّىٰ يُعْطُوا۟ ٱلْجِزْيَةَ عَن يَدٍ وَهُمْ صَٰغِرُونَ ﴿٢٩﴾

২৯। লান শোকনৌ অদুগুম্বা মীওইশিংগা কিতাব হান্না ফংখ্রবশিংগী মরক্তগী, মখোইনা থাজদে অল্লাহবু, নত্তগা অরোয়বা নুমিৎপু নত্তগা হরামনি হায়বা খন্দে অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলনা হরাম তৌখ্রবদু, অমসুং চত্তে অচুম্বা ধর্ম্ম (ইসলাম)-মখোইনা পীদরিবা ফাওবা জিজয়া (টেক্স) মখোইগী মখুৎশিংনা অমসুং খা থোংলে হায়জদরিবা ফাওবা।

৫ শুবা রুকূ

وَقَالَتِ ٱلْيَهُودُ عُزَيْرٌ ٱبْنُ ٱللَّهِ وَقَالَتِ ٱلنَّصَٰرَى ٱلْمَسِيحُ ٱبْنُ ٱللَّهِ ۖ ذَٰلِكَ قَوْلُهُم بِأَفْوَٰهِهِمْ ۖ يُضَٰهِـُٔونَ قَوْلَ ٱلَّذِينَ كَفَرُوا۟ مِن قَبْلُ ۚ قَٰتَلَهُمُ ٱللَّهُ ۚ أَنَّىٰ يُؤْفَكُونَ ﴿٣٠﴾

৩০। অদুগা য়হুদীশিংনা হায়ঃ "উজের মচা নিপানি অল্লাহগী;" অমসুং খৃষ্টিয়ানশিংনা হায়ঃ "মসীহ মচা নিপানি অল্লাহগী"। পুম্নমকসি মখোইগী মচীনশিংনা ঙাঙ-শকপনি। মখোইনা মতৌ তম্মি রাঙাঙ মখোইগী মমাংগী লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী। অল্লাহগী সিরাপ ফংলসনু মখোইগী মথক্তা! মতৌ করম্না মখোই মমায় ওন্থোকখিবা!

ٱتَّخَذُوٓا۟ أَحْبَارَهُمْ وَرُهْبَٰنَهُمْ أَرْبَابًا مِّن دُونِ

৩১। মখোইনা লৌখ্রে মখোইগী পণ্ডিতশিংবু অমসুং মখোইগী সন্ন্যাসীশিংবু মপু ওইনা অল্লাহদগী হেন্দোক্না অদুগা অসুম্না (মখোইনা লৌখ্রে) মসীহ, মরয়মগী মচা নিপাবু (সু)। অদুগা

মখোইবু (হান্না) য়াথংনবিখ্রে মদুদি মখোই থৌগল চঙগদবনি খুদা অমতগী—লৈতে চীঙু লাই কনামতা মহাক নত্তবা। য়াম্না শেংখ্রে মহাক্তি মখোইনা থোনজনবা অদুদগী (মহাকপু)।

اللّٰهِ وَالْمَسِيْحَ ابْنَ مَرْيَمَ ۚ وَمَآ اُمِرُوْٓا اِلَّا لِيَعْبُدُوْٓا اِلٰهًا وَّاحِدًا ۚ لَآ اِلٰهَ اِلَّا هُوَ ۗ سُبْحٰنَهٗ عَمَّا يُشْرِكُوْنَ ۝٣١

৩২। মখোইনা পামই মুৎথৎপা অল্লাহগী মঙাল মখোইগী মচীনশিংনা (শেরান-তুরান হায়জিন্দুনা); তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা থোকহনবিরোই করিগুম্বা অমতা মহাক্কী মঙাল মপুং ফাহনবা নত্তনা, লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা (থোইনমক) পামদ্রবসু (মসিবু)।

يُرِيْدُوْنَ اَنْ يُّطْفِـُٔوْا نُوْرَ اللّٰهِ بِاَفْوَاهِهِمْ وَيَاْبَى اللّٰهُ اِلَّآ اَنْ يُّتِمَّ نُوْرَهٗ وَلَوْ كَرِهَ الْكٰفِرُوْنَ ۝٣٢

৩৩। মহাকননি থারকখিবা মহাক্কী রসুলবু লোয়ননা লমজিং অমসুং অচুম্বা ধর্ম্মগা, অদুনা মহাকনা জয় তৌহন্নবা মসিবু (মীনা শেম্বা) ধর্ম্ম পুম্নমক্কী মথক্তা, লাইয়াম ঈরাৎপশিংনা (থোইনমক) পামদ্রবসু (মসিবু)।

هُوَ الَّذِيْٓ اَرْسَلَ رَسُوْلَهٗ بِالْهُدٰى وَدِيْنِ الْحَقِّ لِيُظْهِرَهٗ عَلَى الدِّيْنِ كُلِّهٖ ۙ وَلَوْ كَرِهَ الْمُشْرِكُوْنَ ۝٣٣

৩৪। হে অচুম্বা থাজবশিং! তশেংবমক অয়াম্বা পণ্ডিতশিং অমসুং সন্যাসীশিংনা য়োৎলি মীশিংগী মরন-মথুম অরানবা পাম্বৈশিংনা অমসুং থত্তোকই (মীশিংবু) অল্লাহগী লম্বীদগী। অদুগা অদুগুম্বা মীওইশিং সনা অমসুং লুপা লিশন্দুনা থম্বা অমসুং খরচ তৌদবা মদুবু অল্লাহগী লম্বীদা পাও থুংঙু মখোইদা অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাক।

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْٓا اِنَّ كَثِيْرًا مِّنَ الْاَحْبَارِ وَالرُّهْبَانِ لَيَاْكُلُوْنَ اَمْوَالَ النَّاسِ بِالْبَاطِلِ وَيَصُدُّوْنَ عَنْ سَبِيْلِ اللّٰهِ ۗ وَالَّذِيْنَ يَكْنِزُوْنَ الذَّهَبَ وَالْفِضَّةَ وَلَا يُنْفِقُوْنَهَا فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ ۙ فَبَشِّرْهُمْ بِعَذَابٍ اَلِيْمٍ ۝٣٤

৩৫। কোরৌ নোংজা অদুদা মদু ইক্কনি (ঙাংশং-ঙাংনা) নরক্কী থাম্বি মৈনুংদা, অদুগী তুংদা মখোইগী মরায়বকশিং অমসুং মখোইগী নাকথিনশিং অমসুং মখোইগী মনমশিং মার্কা থাবিগনি মদুনা (অমসুং অসি হায়বিগনি মখোইদা ঃ) "মসি নখোইনা পৈশল্লম্বা অদুনি নখোইগীদমক্তা; মরম অদুনা তংঙু মহাউ নখোইনা নশিঞ্জাংওইনা পৈশল্লম্বগী।"

يَّوْمَ يُحْمٰى عَلَيْهَا فِيْ نَارِ جَهَنَّمَ فَتُكْوٰى بِهَا جِبَاهُهُمْ وَجُنُوْبُهُمْ وَظُهُوْرُهُمْ ۗ هٰذَا مَا كَنَزْتُمْ لِاَنْفُسِكُمْ فَذُوْقُوْا مَا كُنْتُمْ تَكْنِزُوْنَ ۝٣٥

৩৬। তশেংবমক থাজাশিংগী মশিং অল্লাহগী মনাক্তা থা তরানিথোইনি (চহি অমদা) অল্লাহগী

اِنَّ عِدَّةَ الشُّهُوْرِ عِنْدَ اللّٰهِ اثْنَا عَشَرَ شَهْرًا فِيْ كِتٰبِ

ময়াথংনা, স্বর্গশিং অমসুং পৃথিবী লৈশেমনুংশেমখিবা নুমিত্তগী হৌনা; মখোইসিগী মনুংদা থা মরিদি অশেংবনি। মসি অচুম্বা ধর্ম্ম মতনি; মরম অদুনা নখোই অরানবা খোঙফম্নগনু মদুগী মনুংদা। অদুগা লান শোকনৌ লাইয়াম ঈরাৎপশিংগা (নখোই) পুল্লপ্না পুনশিন্দুনা মখোইনা লান তৌবগুম্না নখোইদা পুল্লপ্না পুনশিন্দুনা; অমসুং খঙজু অল্লাহনা ইলোয়লোনবি ধর্ম্ম কায়দবশিংগা।

اللهِ يَوْمَ خَلَقَ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضَ مِنْهَآ اَرْبَعَةٌ حُرُمٌ ۗ ذٰلِكَ الدِّيْنُ الْقَيِّمُ ۙ فَلَا تَظْلِمُوْا فِيْهِنَّ اَنْفُسَكُمْ وَقَاتِلُوا الْمُشْرِكِيْنَ كَآفَّةً كَمَا يُقَاتِلُوْنَكُمْ كَآفَّةً ۗ وَاعْلَمُوْٓا اَنَّ اللّٰهَ مَعَ الْمُتَّقِيْنَ ۝٣٦

৩৭। (অশেংবা থা অমবু) য়েথোকপসি হাপচল্লকপনি অচুম্বা থাজদবদা, মদুনা লমফৈখোঙফম্নবশিংবু শেরান্নহল্লি। মখোইনা তৌই মসি চহি অমা অমসুং থিংই মসি (মাংই হায়না) অতোপ্পা চহিদা, অদুনা মখোইনা (থা) মশিং শুহন্নবা অল্লাহনা শেমখ্রবদু অশেংবনি হায়না—মতৌ অসুম্না মখোইনা ওইহল্লি অশেংবা অল্লাহনা থিংখ্রবদু মখোইগী ফত্তবা থবকশিংসে উহনবিখ্রে ফজবা ওইনা মখোইদা। অদুগা অল্লাহনা লমজিংবিদে লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু।

اِنَّمَا النَّسِیْٓءُ زِيَادَةٌ فِى الْكُفْرِ يُضَلُّ بِهِ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا يُحِلُّوْنَهٗ عَامًا وَّيُحَرِّمُوْنَهٗ عَامًا لِّيُوَاطِـُٔوْا عِدَّةَ مَا حَرَّمَ اللّٰهُ فَيُحِلُّوْا مَا حَرَّمَ اللّٰهُ ۗ زُيِّنَ لَهُمْ سُوْٓءُ اَعْمَالِهِمْ ۗ وَاللّٰهُ لَا يَهْدِى الْقَوْمَ الْكٰفِرِيْنَ ۝٣٧

৬ শুবা রুকূ

৩৮। হে অচুম্বা থাজবশিং! করি তৌরবগে নখোইবু, নখোইদা হায়খিবা মতমদা, চৎলু অল্লাহগী লম্বীদা, নখোইনা নরু থোক-থোক লুকথবসিবু পৃথি-লৈমায়দা? নখোইনা হেন্না পামশনব্রা তাইবঙ পুন্সিবু শিরবা মতুংগী পুন্সিদগী? তৌইগুম্বসুং তাইবঙ পুন্সিগী নুংঙাইবসি করিসু লৈতবনি চাংদম্নরুরবদি শিরবা মতুংগী পুন্সিগা।

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا مَا لَكُمْ اِذَا قِيْلَ لَكُمُ انْفِرُوْا فِىْ سَبِيْلِ اللّٰهِ اثَّاقَلْتُمْ اِلَى الْاَرْضِ ۗ اَرَضِيْتُمْ بِالْحَيٰوةِ الدُّنْيَا مِنَ الْاٰخِرَةِ ۚ فَمَا مَتَاعُ الْحَيٰوةِ الدُّنْيَا فِى الْاٰخِرَةِ اِلَّا قَلِيْلٌ ۝٣٨

৩৯। নখোইনা চত্তরবদি (লান থেংনবা), মহাকনা থাবিগনি নখোইবু অৱাবগী মশক ওইবা চৈরাক দণ্ড অমসুং মহুৎ শীনবিগনি নখোইবু অতোপ্পা (হায়বা ইনবা) মীশিংনা অমসুং নখোইনা তৌবা ঙমলোই মঙোন্দা অমাঙবা

اِلَّا تَنْفِرُوْا يُعَذِّبْكُمْ عَذَابًا اَلِيْمًا ۙ وَّيَسْتَبْدِلْ قَوْمًا

غَيْرَكُمْ وَلَا تَضُرُّوْهُ شَيْـًٔا ۗ وَاللّٰهُ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيْرٌ ﴿٣٩﴾

করিমতা ফাওবা: মরমদি মহাক্তি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

اِلَّا تَنْصُرُوْهُ فَقَدْ نَصَرَهُ اللّٰهُ اِذْ اَخْرَجَهُ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا ثَانِيَ اثْنَيْنِ اِذْ هُمَا فِي الْغَارِ اِذْ يَقُوْلُ لِصَاحِبِهٖ لَا تَحْزَنْ اِنَّ اللّٰهَ مَعَنَا ۚ فَاَنْزَلَ اللّٰهُ سَكِيْنَتَهٗ عَلَيْهِ وَاَيَّدَهٗ بِجُنُوْدٍ لَّمْ تَرَوْهَا وَجَعَلَ كَلِمَةَ الَّذِيْنَ كَفَرُوا السُّفْلٰى ۗ وَكَلِمَةُ اللّٰهِ هِيَ الْعُلْيَا ۗ وَاللّٰهُ عَزِيْزٌ حَكِيْمٌ ﴿٤٠﴾

৪০। নখোইনা তেংবাংদ্রবদি মহাকপু, মতাং অদুদা (খঙঙু) অল্লাহনা তশেংনমক তেংবাংবিখি মহাকপু লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা তাথোকখিবদ (সু) মহাকপু (ময়ুমদগী), মহাক অনি শুবদুনি (মখোই) অনিদুগী, মখোই অনিমক লৈরিঙৈদা লৈখুন্দা, মতমদুদা মহাকনা হায়খি মহাক্কী মরূপদা: "ৱাগনু, তশেংবমক অল্লাহনা লোয়নবিরি ঐখোইবু।" মরম অদুনা অল্লাহনা থাবিরকখি মহাক্কী অঙৈংবা মহাক্কী মথক্তা অমসুং তেংবাংবিখি মহাকপু (ফরিশতহগী) তেঙ্গোলশিং থাবিরক্লুনা মদু নখোইনা উবা ফংখিদে অমসুং হন্থহনবিখি রাঙাঙদু লমফৈ খোঙফম্নবশিংগী: অমসুং অল্লাহগী রাহৈদি (মতম-পুম্বদা) মথক ইথং-থংবনি। অদুগা অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

اِنْفِرُوْا خِفَافًا وَّثِقَالًا وَّجَاهِدُوْا بِاَمْوَالِكُمْ وَاَنْفُسِكُمْ فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ ۗ ذٰلِكُمْ خَيْرٌ لَّكُمْ اِنْ كُنْتُمْ تَعْلَمُوْنَ ﴿٤١﴾

৪১। (নখোই) চৎলু, অয়াংবা নত্তগা অরুম্বা (শাপোৎ লানপোৎ) গা, অমসুং কন্না হোৎনৌ নখোইগী নরন-নথুম অমসুং নথরাইশিং কখোক্লুনা অল্লাহগী লম্বীদা। মদুনা নখোইগী ফবা; হেল্লি, নখোইনা খঙলবদি।

لَوْ كَانَ عَرَضًا قَرِيْبًا وَّسَفَرًا قَاصِدًا لَّاتَّبَعُوْكَ وَلٰكِنْۢ بَعُدَتْ عَلَيْهِمُ الشُّقَّةُ ۗ وَسَيَحْلِفُوْنَ بِاللّٰهِ لَوِ اسْتَطَعْنَا لَخَرَجْنَا مَعَكُمْ ۚ يُهْلِكُوْنَ اَنْفُسَهُمْ ۚ وَاللّٰهُ يَعْلَمُ اِنَّهُمْ لَكٰذِبُوْنَ ﴿٤٢﴾ ع

৪২। করিগুম্বা (অথুবা) ওইজ-ওইথক ফংগদবা লৈরমলবদি অমসুং অতেনবা খোঙচৎ ওইরমলবদি, (ঈমান চেংজংবশিং) মখোই শোয়দনমক তুং ইল্লমগনি নংগী, তৌইগুম্বসুং হকচাং-রাহনবা খোঙচৎ অদু য়াম্না শাংবা ওইনা থোকলম্মী মখোইদা। অদুম ওইনমক মখোইনা অল্লাহগী কসম তৌদুনা (হায়গনি:) "ঐখোইনা করিগুম্বা ঙমলমলবদি, ঐখোই শোয়দনমক চৎলমগনি নংগা লোয়ননা।" মখোইনা নংহল্লি মখোইগী মথৱাইশিংবু; তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা খঙই মখোই থাঙ্গৈশেংবা মীনমজাওবশিংনি।

৭ শুবা রুকূ

৪৩। অল্লাহনা ঙাকপি নংগী অশোয়বা (গী ফত্তবা ফলদগী)। করি মরমগী নংনা পীখিবগে নয়াথং মখোইবু (যুমদা) লৈহৌনবগী নংনা খঙদরিঙেদা কনানা অচুম্বা ঙাঙবা অমসুং নংনা শকখঙদরিঙেদা মীনমজাওবশিংবু?

عَفَا اللّٰهُ عَنكَ لِمَ اَذِنتَ لَهُمۡ حَتّٰى يَتَبَيَّنَ لَكَ الَّذِيۡنَ صَدَقُوۡا وَتَعۡلَمَ الۡكٰذِبِيۡنَ ﴿۴۳﴾

৪৪। (তশেংনা) থাজখ্রবশিংদু অল্লাহদা অমসুং অরোয়বা নুমিত্তা—মখোইনা হায়জদে নংঙোন্দা (কায়থোকপিনবগী) কন্না হোৎনবদগী মখোইগী মরূন মথুম অমসুং মখোইগী মশাশিংগা লোয়ননা। অদুগা অল্লাহনা মুন্না খঙই ধর্ম্ম কায়দবশিংবু।

لَا يَسۡتَاۡذِنُكَ الَّذِيۡنَ يُؤۡمِنُوۡنَ بِاللّٰهِ وَالۡيَوۡمِ الۡاٰخِرِ اَنۡ يُّجَاهِدُوۡا بِاَمۡوَالِهِمۡ وَاَنۡفُسِهِمۡ‌ ؕ وَاللّٰهُ عَلِيۡمٌۢ بِالۡمُتَّقِيۡنَ ﴿۴۴﴾

৪৫। থাজদবশিং অল্লাহদা অমসুং অরোয়বা নুমিত্তা মখোইদুতনা হায়জে নংঙোন্দা (কায়থোকপিনবগী মখোইবু), অমসুং মখোইগী মথম্মোইশিং চিংনবনা পিক থল্লি; মরম অদুনা মখোইগী চিংনবদা মখোই পোরেপফম খঙদে।

اِنَّمَا يَسۡتَاۡذِنُكَ الَّذِيۡنَ لَا يُؤۡمِنُوۡنَ بِاللّٰهِ وَالۡيَوۡمِ الۡاٰخِرِ وَارۡتَابَتۡ قُلُوۡبُهُمۡ فَهُمۡ فِىۡ رَيۡبِهِمۡ يَتَرَدَّدُوۡنَ ﴿۴۵﴾

৪৬। অদুগা মখোইনা করিগুম্বা চৎকে নীংলমলবদি (লান্দা), মখোই শোয়দনমক তৈয়ার তৌরমগনি সামান মদুগীদমক; তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা পামখিদে মখোইনা চৎপদু। মরম অদুনা মহাকনা খাম্বিখি মখোইবু, অমসুং অসি হায়বিখি: "ফম্মু নখোই (নযুম-নযুমদা) লোয়ননা অফম্বশিংগা।"

وَلَوۡ اَرَادُوا الۡخُرُوۡجَ لَاَعَدُّوۡا لَهٗ عُدَّةً وَّلٰـكِنۡ كَرِهَ اللّٰهُ انۡۢبِعَاثَهُمۡ فَثَبَّطَهُمۡ وَقِيۡلَ اقۡعُدُوۡا مَعَ الۡقٰعِدِيۡنَ ﴿۴۶﴾

৪৭। মখোইনা করিগুম্বা চৎলমলবদি লোয়ননা নংগা মখোইনা পীরমলোই (পাঙ্গল) করিমত নংঙোন্দা খুরৌ চেনহনবা নত্তনা, অমসুং মখোইনা চেল্লমগনি হঙ্গৎহন্দা নখোইগী মরক্তা পুকথিল পাওথিল রা থাজিন্দুনা নখোইগী মনুংদা। অদুগা নখোইগী মরক্তা লৈ অসিগুম্বা মী খরা মখোইনা তানীংই (ঙাঙ-শকপদু) মখোইবু। অদুগা অল্লাহনা মুন্না খঙই ফত্তরম লম্বীনবশিংবু।

لَوۡ خَرَجُوۡا فِيۡكُمۡ مَّا زَادُوۡكُمۡ اِلَّا خَبَالًا وَّلَاۡاَوۡضَعُوۡا خِلٰلَـكُمۡ يَبۡغُوۡنَكُمُ الۡفِتۡنَةَ‌ ۚ وَفِيۡكُمۡ سَمّٰعُوۡنَ لَهُمۡ‌ ؕ وَاللّٰهُ عَلِيۡمٌۢ بِالظّٰلِمِيۡنَ ﴿۴۷﴾

৪৮। তশেংবমক মখোইনা হোৎনখি ঈরাং

لَقَدِ ابۡتَغَوُا الۡفِتۡنَةَ مِنۡ قَبۡلُ وَقَلَّبُوۡا لَكَ الۡاُمُوۡرَ

حَتّٰى جَآءَ الْحَقُّ وَظَهَرَ اَمْرُ اللّٰهِ وَهُمْ كٰرِهُوْنَ ﴿٤٨﴾

থোকহন্নবগী অসিগী মমাংদা ফাওবা, অমসুং মখোইনা পুথোকখি শরৌ-লাংলৌশিং নংগী মায়োক্তা অচুম্বা লাক্তরিবা ফাওবা অমসুং অল্লাহগী হুকুমনা জয় তৌদরিবমখে, মখোইনা (ফনা য়াম্না) পামলমদ্রবসু (মদু)।

وَمِنْهُمْ مَّنْ يَّقُوْلُ ائْذَنْ لِّيْ وَلَا تَفْتِنِّيْ ؕ اَلَا فِي الْفِتْنَةِ سَقَطُوْا ؕ وَاِنَّ جَهَنَّمَ لَمُحِيْطَةٌ ۢ بِالْكٰفِرِيْنَ ﴿٤٩﴾

৪৯। অদুগা মখোইগী মরক্তা লৈ অসিগুম্বা মী মহাকনা হায়ঃ "য়াথং পীবিয়ু ঐবু (য়ুমদা লৈহৌনবগী) অমসুং চাং য়েংবিগনু ঐবু (লানগী মৈশা-ঈরাংদা)।" য়েংউ! মখোইবু হান্না লাংথুনখিদব্রা (লমচৎকী) চাংয়েংদা? অদুগা তশেংবমক, নরকনা পুংকোয়-কোয়শল্লি লমফে খোঙফম্নবশিংবু।

اِنْ تُصِبْكَ حَسَنَةٌ تَسُؤْهُمْ ۚ وَاِنْ تُصِبْكَ مُصِيْبَةٌ يَّقُوْلُوْا قَدْ اَخَذْنَاۤ اَمْرَنَا مِنْ قَبْلُ وَيَتَوَلَّوْا وَّهُمْ فَرِحُوْنَ ﴿٥٠﴾

৫০। করিগুম্বা অফবা (লায়বক) অমা থোকলবদি নংঙোন্দা, অরাবা ওই মখোইদা; তৌইগুম্বসুং লায়বকথীবা অমা থোকলবদি নংঙোন্দা, মখোইনা হায়ঃ "ঐখোই তশেংনমক চেকশিনজখ্রে হান্নদা;" অমসুং মখোই মমায় ওন্থোকই হরাওদুনা।

قُلْ لَّنْ يُّصِيْبَنَاۤ اِلَّا مَا كَتَبَ اللّٰهُ لَنَا ۚ هُوَ مَوْلٰىنَا ۚ وَعَلَى اللّٰهِ فَلْيَتَوَكَّلِ الْمُؤْمِنُوْنَ ﴿٥١﴾

৫১। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "করিসু থোকলোই ঐখোইদা অল্লাহনা তমখিবদু নত্তনা ঐখোইগী-দমক। মহাক ঐখোইগী ঙাকশেনবিবনি। অদুগা অল্লাহতদা আশা তৌগদবনি অচুম্বা থাজবশিংনা।

قُلْ هَلْ تَرَبَّصُوْنَ بِنَاۤ اِلَّاۤ اِحْدَى الْحُسْنَيَيْنِ ؕ وَنَحْنُ نَتَرَبَّصُ بِكُمْ اَنْ يُّصِيْبَكُمُ اللّٰهُ بِعَذَابٍ مِّنْ عِنْدِهٖۤ اَوْ بِاَيْدِيْنَا ۖ فَتَرَبَّصُوْۤا اِنَّا مَعَكُمْ مُّتَرَبِّصُوْنَ ﴿٥٢﴾

৫২ (অমুকসু) হায়য়ুঃ নখোইনা ঙাইব্রা ঐখোইদা করিগুম্বা অমা থোরকপা অহেনবা শক্তম অনিগী (জয় নত্তগা শহীদ)? অদুগা ঐখোইনা ঙাইরিএ নখোইগীদমক্তা অল্লাহনা থাবিরকপা রায়েল-চৈরাক মহাকমক্তগী নত্তগা ঐখোইগী ইখুৎশিংদগী। মরমদুনা (নখোই) ঙাইয়ু; ঐখোইসু ঙাইরিএ নখোইগা লোয়ননা।

قُلْ اَنْفِقُوْا طَوْعًا اَوْ كَرْهًا لَّنْ يُّتَقَبَّلَ مِنْكُمْ ؕ اِنَّكُمْ

৫৩। (অমুকহন্না) হায়য়ুঃ (হে ঈমান চেংজঙবশিং!) নখোই খরচ তৌ (নরন-নথুম) নশানা য়ানীংনা নত্তগা য়ানীংদনা, মদু কদৌঙৈদসু

كُنتُمْ قَوْمًا فَاسِقِينَ ﴿٥٣﴾

লৌবিরোই নখোইদগী। থাঙ্গেশেংবমক মখোই লমকেৎ লমহাইবা মীশিংনি।

وَمَا مَنَعَهُمْ أَن تُقْبَلَ مِنْهُمْ نَفَقَاتُهُمْ إِلَّا أَنَّهُمْ كَفَرُوا بِاللَّهِ وَبِرَسُولِهِ وَلَا يَأْتُونَ الصَّلَاةَ إِلَّا وَهُمْ كُسَالَىٰ وَلَا يُنفِقُونَ إِلَّا وَهُمْ كَارِهُونَ ﴿٥٤﴾

৫৪। অদুগা অথিংবা করিরিসু লৈতে মখোইগী শেংথাং য়াবিদবগী (মরমসি) নত্তনা মদুদিঃ মখোইনা তশেংনমক থাজদে অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুলবু। অদুগা মখোই লাক্তে নমাজদা তন্দে-মান্দে তৌবা নত্তনা অমসুং মখোই পীদে শেংথাং (অল্লাহগী লম্বীদা) য়ানীংদবা নত্তনা।

فَلَا تُعْجِبْكَ أَمْوَالُهُمْ وَلَا أَوْلَادُهُمْ ۚ إِنَّمَا يُرِيدُ اللَّهُ لِيُعَذِّبَهُم بِهَا فِي الْحَيَاةِ الدُّنْيَا وَتَزْهَقَ أَنفُسُهُمْ وَهُمْ كَافِرُونَ ﴿٥٥﴾

৫৫। মরম অদুনা মখোইগী মরন-মথুম নত্রগা মচা মশুশিংনা মরম্মদুনা নং অঙকপা শরুক্লগনু। অল্লাহনা থাবিনীংই চৈরাক মখোইবু মদুগা লোয়ননা তাইবঙ পুন্সি অসিদা অমসুং মখোইগী মথৱাইশিং চৎখিনবা মখোইনা লমফৈ- খোঙফম্নবা ওইহ্রিঙৈদা।

وَيَحْلِفُونَ بِاللَّهِ إِنَّهُمْ لَمِنكُمْ وَمَا هُم مِّنكُمْ وَلَٰكِنَّهُمْ قَوْمٌ يَفْرَقُونَ ﴿٥٦﴾

৫৬। অদুগা মখোইনা তৌই ৱাশক অল্লাহ পন্দুনা মদুদি মখোই তশেংবমক নখোইগীনি, অদুম ওইনমক মখোই নত্তে নখোইগী। তৌইগুম্বসুং মখোই মীকিথী কাঙলুপনি।

لَوْ يَجِدُونَ مَلْجَأً أَوْ مَغَارَاتٍ أَوْ مُدَّخَلًا لَّوَلَّوْا إِلَيْهِ وَهُمْ يَجْمَحُونَ ﴿٥٧﴾

৫৭। মখোইনা করিগুম্বা ফংলমলবদি খুদোংথীবদগী ঙাকথোকফম (কিল্লাগুম্বা) নত্রগা লৈখুনশিং নত্রগা চঙবা য়াবা অহোবা মখুল (শুরুংগুম্বা), মখোই শোয়দনমক চঙখিরমগনি মদুদা, হাথু-হাথু চেনশন্দুনা।

وَمِنْهُم مَّن يَلْمِزُكَ فِي الصَّدَقَاتِ فَإِنْ أُعْطُوا مِنْهَا رَضُوا وَإِن لَّمْ يُعْطَوْا مِنْهَا إِذَا هُمْ يَسْخَطُونَ ﴿٥٨﴾

৫৮। অদুগা মখোইগী মরক্তা অসিগুম্বা মীওইশিং লৈ মখোইনা দোশ তৌই নংবু দান (য়েংথোকপগী) মরমদা। মখোইদা করিগুম্বা খরা পীরবদি মদুগী, মখোই অপেনবা শরুকনৈ; তৌইগুম্বসুং মখোইদা ইপী-পীদ্রবদি মদুগী, য়েংউ! মখোই পেন্নদে।

وَلَوْ أَنَّهُمْ رَضُوا مَا آتَاهُمُ اللَّهُ وَرَسُولُهُ وَقَالُوا

৫৯। অদুগা মখোইনা অপেনবা ওইরমলবদি অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলনা পীবদা মখোইনা

حَسْبُنَا اللّٰهُ سَيُؤْتِيْنَا اللّٰهُ مِنْ فَضْلِهٖ وَرَسُوْلُهٗٓ اِنَّآ اِلَى اللّٰهِ رٰغِبُوْنَ ﴿٥٩﴾

অমসুং (মচীনশিংনা) হায়রমলবদি : "ঐখোইগীদি অল্লাহনা ওকলে ; অল্লাহনা পীবিগনি ঐখোইদা (মরাংকায়না) মহাক্কী থৌজালনা অমসুং মহাক্কী রসুলনসু (মদুম্না পীবিগনি) ; তশেংবমক অল্লাহদা ঐখোইনা হায়জ-চৎচ তৌজে (মদুনা হেন্না ফরমগনি মখোইগী)।"

৮ শুবা রুকূ

اِنَّمَا الصَّدَقٰتُ لِلْفُقَرَآءِ وَالْمَسٰكِيْنِ وَالْعٰمِلِيْنَ عَلَيْهَا وَالْمُؤَلَّفَةِ قُلُوْبُهُمْ وَفِي الرِّقَابِ وَالْغٰرِمِيْنَ وَفِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ وَابْنِ السَّبِيْلِ ؕ فَرِيْضَةً مِّنَ اللّٰهِ ؕ وَاللّٰهُ عَلِيْمٌ حَكِيْمٌ ﴿٦٠﴾

৬০। (জকাতকী) দানসে (মীরম নিপানগী-দমকনি, মদুদি :) লাইরবশিং, অমসুং অরা-অনংবশিং, অমসুং মদু (খোমজনবগী অমসুং য়েন্থোকপগী) থবক তৌরিবশিং, অমসুং অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইগী মথম্মোইশিং (ইসলামদা) ওনশনহনখ্রবগী, অমসুং লানফাশিংগী (হন্দোকমল ওইনা), অমসুং লনশোৎ লন্দোন-বশিং, অমসুং অল্লাহগী লম্বীদা (শীজন্নবগী) অমসুং লংফৈ চৎপশিংগী—মসি য়াথংনি অল্লাহদগী। অদুগা অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَمِنْهُمُ الَّذِيْنَ يُؤْذُوْنَ النَّبِيَّ وَيَقُوْلُوْنَ هُوَ اُذُنٌ ؕ قُلْ اُذُنُ خَيْرٍ لَّكُمْ يُؤْمِنُ بِاللّٰهِ وَيُؤْمِنُ لِلْمُؤْمِنِيْنَ وَرَحْمَةٌ لِّلَّذِيْنَ اٰمَنُوْا مِنْكُمْ ؕ وَالَّذِيْنَ يُؤْذُوْنَ رَسُوْلَ اللّٰهِ لَهُمْ عَذَابٌ اَلِيْمٌ ﴿٦١﴾

৬১। অদুগা মখোইগী মরক্তা লৈ অসিগুম্বা মীশিং মখোইনা ওৎলি নবীবু অমসুং হায়ঃ "মহাকনা তাই (মীনা হায়বা) পুম্নমক।" (নং) পাওখুম্মু : "মহাকনা তাবিবসি (পোৎ পুম্নমক) নাখোইগী অফবনি ; মহাকনা থাজে অল্লাহবু অমসুং থাজে অচুম্বা থাজবশিংবু অমসুং ঙাকপিবনি নাখোইগী মরক্তা অচুম্বা থাজবশিংগী।" অদুগা অল্লাহগী রসুলবু ওৎপা মীশিং ফংগনি অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

يَحْلِفُوْنَ بِاللّٰهِ لَكُمْ لِيُرْضُوْكُمْ ۚ وَاللّٰهُ وَرَسُوْلُهٗٓ اَحَقُّ اَنْ يُّرْضُوْهُ اِنْ كَانُوْا مُؤْمِنِيْنَ ﴿٦٢﴾

৬২। মখোইনা তৌই কসম অল্লাহগী নখোইদা পেনহন্নবগী নখোইবু : তৌইগুম্বসুং অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলনা হেন্না মতিকচাবনি মদুদি মখোইনা পেনহনগদবনি (রসুল) মহাকপু (অমসুং অল্লাহবু), মখোইনা অচুম্বা থাজবা ওইরবদি।

اَلَمْ يَعْلَمُوْٓا اَنَّهٗ مَنْ يُّحَادِدِ اللّٰهَ وَرَسُوْلَهٗ فَاَنَّ

৬৩। মখোইনা খঙদব্রা মদুদি কনাগুম্বনা

لَهُ نَارَ جَهَنَّمَ خَالِدًا فِيهَا ۚ ذَٰلِكَ الْخِزْيُ الْعَظِيمُ ﴿٦٣﴾

মায়োক্নরবদি অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলবু, মহাক্কীদমক্তি (মনানি) নরক্কী থাম্বি মৈ, মদুগী মনুংদা মহাক (চাক্কুনা) অদুম লৈরগানি? মদু অচৌবা ঈকাইবনি।

يَحْذَرُ الْمُنَافِقُونَ أَنْ تُنَزَّلَ عَلَيْهِمْ سُورَةٌ تُنَبِّئُهُمْ بِمَا فِي قُلُوبِهِمْ ۚ قُلِ اسْتَهْزِئُوا إِنَّ اللَّهَ مُخْرِجٌ مَا تَحْذَرُونَ ﴿٦٤﴾

৬৪। ঈমান চেংজংবশিংনা অকিবা শরুকনৈ মদুদি সূরহ অমা থাবিরক্কদরা (রসুলদা) মখোইগী মায়োক্তা, খঙহনবিদুনা মখোই (মুসলিমশিং) বু মখোইগী মথম্মোইনুংশিংদা (নুংচিক্কুনা) খল্লিবা রাখলদু। হায়য়ু (মখোইদা): "নোকনৌও! তশেংবমক অল্লাহনা পুথোকপিরক্কনি নখোইনা কিরিবদু।

وَلَئِنْ سَأَلْتَهُمْ لَيَقُولُنَّ إِنَّمَا كُنَّا نَخُوضُ وَنَلْعَبُ ۚ قُلْ أَبِاللَّهِ وَآيَاتِهِ وَرَسُولِهِ كُنْتُمْ تَسْتَهْزِئُونَ ﴿٦٥﴾

৬৫। অদুগা নংনা করিগুম্বা রা হংলবদি মখোইদা (মদুগী মরমদা), মখোইনা শোয়দনমক হায়গনি: "ঐখোই ইচম-চম্না রারী শাখিবনি অমসুং ফাগি তৌখিবনি।" হায়য়ু (মখোইদা): "অল্লাহবুরা নত্ত্রগা মহাক্কী পাওজেনশিংবুরা নত্ত্রগা মহাক্কী রসুলবুরা নখোইনা ফাগি তৌবসিবু?"

لَا تَعْتَذِرُوا قَدْ كَفَرْتُمْ بَعْدَ إِيمَانِكُمْ ۚ إِنْ نَعْفُ عَنْ طَائِفَةٍ مِنْكُمْ نُعَذِّبْ طَائِفَةً بِأَنَّهُمْ كَانُوا مُجْرِمِينَ ﴿٦٦﴾

৬৬। (হে তাৎহৈবশিং! নখোই) হায়জগনু নরাল ঙাকপিনবগী, নখোই তশেংবমক লমফৈ-খোঙ-ফম্নখ্রে নখোইনা অচুম্বা থাজখ্রবা মতুংদা। ঐখোইনা ঙাকপিরবদি নখোই কাঙবু অমবু, ঐখোইনা থাবিগনি চৈরাক অতোপ্পা কাঙবু অমবু, মরমদি মখোই মরাল লৈরবশিংনি।

৯ শুবা রুকূ

الْمُنَافِقُونَ وَالْمُنَافِقَاتُ بَعْضُهُمْ مِنْ بَعْضٍ ۚ يَأْمُرُونَ بِالْمُنْكَرِ وَيَنْهَوْنَ عَنِ الْمَعْرُوفِ وَيَقْبِضُونَ أَيْدِيَهُمْ ۚ نَسُوا اللَّهَ فَنَسِيَهُمْ ۗ إِنَّ الْمُنَافِقِينَ هُمُ الْفَاسِقُونَ ﴿٦٧﴾

৬৭। ঈমান চেংজংবশিং, নিপাসু নুপীসু, ইমান-মান্নে। মখোইনা য়াথংনৈ ফত্তরম লম্বীনবা অমসুং থিংই অফবা খোঙফম্নবা, অমসুং বন্দ তৌশিল্লি মখুৎশিং (খরচ তৌবদগী অল্লাহগী লম্বীদা)। মখোইনা থৌওইদে অল্লাহবু, মরম অদুনা অল্লাহনসু থৌওইবিদে মখোইবু। তশেংবমক ঈমান চেংজংবশিং লমকেৎ-লমহাইবশিংনি।

وَعَدَ اللَّهُ الْمُنَافِقِينَ وَالْمُنَافِقَاتِ وَالْكُفَّارَ نَارَ جَهَنَّمَ

৬৮। অল্লাহনা রাশক তৌবিরি ঈমান

خَٰلِدِينَ فِيهَا ۚ هِيَ حَسْبُهُمْ ۚ وَلَعَنَهُمُ ٱللَّهُ ۖ وَلَهُمْ عَذَابٌ مُّقِيمٌ ﴿٦٨﴾

চেংজংবশিং, নিপাশিং অমসুং নুপীশিং, অমসুং লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদা নরক্কী খাম্বি মৈ (করিনা হায়ববু মখোই রং অমতগী মীশিংনি), মনুং অদুদা মখোই লৈরগনি। মসি মতিক হেক ওকপনি মখোইগী। অদুগা অল্লাহনা সিরাপ তৌবিখ্রে মখোইবু; অমসুং মখোই ফংগনি লোম্বা থম্বা নাইদবা ৱায়েল-চৈরাক।

كَٱلَّذِينَ مِن قَبْلِكُمْ كَانُوٓا۟ أَشَدَّ مِنكُمْ قُوَّةً وَأَكْثَرَ أَمْوَٰلًا وَأَوْلَٰدًا فَٱسْتَمْتَعُوا۟ بِخَلَٰقِهِمْ فَٱسْتَمْتَعْتُم بِخَلَٰقِكُمْ كَمَا ٱسْتَمْتَعَ ٱلَّذِينَ مِن قَبْلِكُم بِخَلَٰقِهِمْ وَخُضْتُمْ كَٱلَّذِى خَاضُوٓا۟ ۚ أُو۟لَٰٓئِكَ حَبِطَتْ أَعْمَٰلُهُمْ فِى ٱلدُّنْيَا وَٱلْءَاخِرَةِ ۖ وَأُو۟لَٰٓئِكَ هُمُ ٱلْخَٰسِرُونَ ﴿٦٩﴾

৬৯। (ঈমান চেংজংবশিং নখোই) নখোইগী মমাংদা লৈরম্বা (মীরোন) শিংগুম্বনি, মখোইনা পাঙ্গলবা হেনখি নখোইদগী অমসুং ইনাকখুনবসু হেনখি লন-থুমদা অমসুং অমসুং মচা মশুশিংদা। মখোই ফংখ্রে মখোইগী (পুন্সিগী নুংঙাইবা) শরুক; নখোইসু ফংখ্রে নখোইগী শরুক নখোইগী মমাংদা লৈরম্বশিংনা ফংখিবগুম মখোইগী শরুক, অমসুং নখোইসু ৱারেম শুখি মখোইনা ৱারেম শুখিবগুম। মখোইসিগী থবকশিং করিসু কান্নদ্রবনি হন্দক্কী মপোক্তা অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদসু; অমসুং মখোইসি মাঙজরবশিংনি।

أَلَمْ يَأْتِهِمْ نَبَأُ ٱلَّذِينَ مِن قَبْلِهِمْ قَوْمِ نُوحٍ وَعَادٍ وَثَمُودَ وَقَوْمِ إِبْرَٰهِيمَ وَأَصْحَٰبِ مَدْيَنَ وَٱلْمُؤْتَفِكَٰتِ ۚ أَتَتْهُمْ رُسُلُهُم بِٱلْبَيِّنَٰتِ ۖ فَمَا كَانَ ٱللَّهُ لِيَظْلِمَهُمْ وَلَٰكِن كَانُوٓا۟ أَنفُسَهُمْ يَظْلِمُونَ ﴿٧٠﴾

৭০। থুংখিদব্রা নখোইদা ৱারী মখোইগী মমাংদা লৈরমখিবশিংগী—নুহগী মীশিংগী অমসুং 'আদকী অমসুং সমূদকী অমসুং ইব্রাহীমগী কাঙলুপকী অমসুং মডয়নৱালাশিংগী অমসুং মথক-মখা ওথোকপিখ্রবা শহরশিংগী? মখোইগী রসুলশিং লাকখি মখোইদা তশেংলবা দলিলশিংগা লোয়ননা। মরম অদুনা অল্লাহনা তৌবিখিদে অরানবা (করিমতা) মখোইদা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা তৌজখিবনি অরানবা মখোই মশামক্তদা।

وَٱلْمُؤْمِنُونَ وَٱلْمُؤْمِنَٰتُ بَعْضُهُمْ أَوْلِيَآءُ بَعْضٍ ۚ يَأْمُرُونَ بِٱلْمَعْرُوفِ وَيَنْهَوْنَ عَنِ ٱلْمُنكَرِ وَيُقِيمُونَ ٱلصَّلَوٰةَ وَيُؤْتُونَ ٱلزَّكَوٰةَ وَيُطِيعُونَ ٱللَّهَ

৭১। অদুগা ঈমান্দার নিপাশিং অমসুং ঈমান্দার নুপীশিং অমগা অমগা মরূপশিংনি। মখোইনা য়াথংনৈ অফবা তৌনবগী অমসুং থিংই ফত্তবা তৌবা অমসুং চাং নাইনা তৌই নমাজ অমসুং পী জকাত অমসুং ইল্লি ময়াথং অল্লাহগী অমসুং

মহাক্কী রসুলগী। মখোইসিগী মথক্তা অল্লাহনা পীবিগনি থৌজাল। তশেংবমক অল্লাহদি গাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَرَسُولَهُ ۚ أُولَٰئِكَ سَيَرْحَمُهُمُ اللَّهُ ۗ إِنَّ اللَّهَ عَزِيزٌ حَكِيمٌ ﴿٧١﴾

৭২। অল্লাহনা রাশকপিখ্রে ঈমান্দার নিপাশিং অমসুং ঈমান্দার নুপীশিংদা স্বর্গ লৈকোনশিং ঃ মখা অদুদা তুরেলশিং ঈচেল্লি, মখোইদুগী মনুংদা লৈরগনি মখোই (লোম্বা লৈতনা), অমসুং নুংঙাইত্রবা লৈফমশিংনি মতমচুপ্পা নুংঙাইদুনতা লৈরগাদৌবা হৈকোন-লৈকোনশিংদা। অদুগা অল্লাহনা পেনবিবনা খ্বাইদগী হেন্না অচৌবা (মনা-মথুম) নি। মদুনি খ্বাইদগী হেন্না অচৌবা জয়।

وَعَدَ اللَّهُ الْمُؤْمِنِينَ وَالْمُؤْمِنَاتِ جَنَّاتٍ تَجْرِي مِنْ تَحْتِهَا الْأَنْهَارُ خَالِدِينَ فِيهَا وَمَسَاكِنَ طَيِّبَةً فِي جَنَّاتِ عَدْنٍ ۚ وَرِضْوَانٌ مِنَ اللَّهِ أَكْبَرُ ۚ ذَٰلِكَ هُوَ الْفَوْزُ الْعَظِيمُ ﴿٧٢﴾

## ১০ শুবা রুকূ

৭৩। হে নবী! হোৎনবা কম্লু লমফৈ-খোঙফম্নবশিং অমসুং ঈমান চেংজংবশিংগী মায়োক্তা অমসুং অকনবা শাজৎ চৎলু মখোইদা। অদুগা মখোইগী লৈফমদি যম লৈবাকনি (শিরবা মতুংগী পুন্সিদা), অমসুং মদু ফত্তবা লমথুংফমনি।

يَا أَيُّهَا النَّبِيُّ جَاهِدِ الْكُفَّارَ وَالْمُنَافِقِينَ وَاغْلُظْ عَلَيْهِمْ ۚ وَمَأْوَاهُمْ جَهَنَّمُ ۖ وَبِئْسَ الْمَصِيرُ ﴿٧٣﴾

৭৪। মখোইনা কসম তৌই অল্লাহগী মদুদি মখোইনা হায়খিদে (অরানবা) করিমতা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা তশেংবমক ঙাঙখি নিন্দা তৌবগী বাঙাঙ, অমসুং লমফৈ-খোঙফম্নখি মখোইনা ইসলাম য়াত্রবগী মতুংদা, অমসুং মখোইনা থৌরাংখি (মুহম্মদ হাৎনবা অমসুং ইসলাম মুৎথৎনবা) মদু মখোইনা ঙমখিদে পাংথোকপা। অদুগা মখোইনা য়েংথীখি (মুসলিমশিংবু) মরমসিতগী মদুদি অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলনা ইনাক খুনহনবিখি মখোইবু মহাক্কী থৌজালনা। মরমদুনা মখোইনা মপাপ হায়দোক-চরবদি, মখোইগী হেন্না ফনঙাইনি; তৌইগুম্বসুং মখোইনা মমায় ওথোকলবদি, অল্লাহনা রারক-পিগনি মখোইবু অরাবগী মশক ওইবা রায়েল চৈরাক থাবিদুনা হন্দক্কী মপোক্তা অমসুং শিরবা

يَحْلِفُونَ بِاللَّهِ مَا قَالُوا وَلَقَدْ قَالُوا كَلِمَةَ الْكُفْرِ وَكَفَرُوا بَعْدَ إِسْلَامِهِمْ وَهَمُّوا بِمَا لَمْ يَنَالُوا ۚ وَمَا نَقَمُوا إِلَّا أَنْ أَغْنَاهُمُ اللَّهُ وَرَسُولُهُ مِنْ فَضْلِهِ ۚ فَإِنْ يَتُوبُوا يَكُ خَيْرًا لَهُمْ ۖ وَإِنْ يَتَوَلَّوْا يُعَذِّبْهُمُ اللَّهُ عَذَابًا أَلِيمًا فِي الدُّنْيَا وَالْآخِرَةِ ۚ وَمَا لَهُمْ فِي الْأَرْضِ

مِن وَلِيٍّ وَلَا نَصِيرٍ ﴿٧٤﴾

মতুংগী পুন্সিদ(সু) ; অমসুং মখোইগী লৈরোই মালেমদা ঙাকপিনবা নত্তগা তেংবাংবিনবা কনামতা।

وَمِنْهُم مَّنْ عَاهَدَ اللَّهَ لَئِنْ آتَانَا مِن فَضْلِهِ لَنَصَّدَّقَنَّ وَلَنَكُونَنَّ مِنَ الصَّالِحِينَ ﴿٧٥﴾

৭৫। অদুগা মখোইগী মরক্তা অসিগুম্বা মীওইশিং লৈ মখোইনা ৱাশকখি অল্লাহদা (অসি হায়দুনা) ঃ "মহাকনা পীবিরবদি (লন-থুম) ঐখোইদা মহাক্কী থৌজাললনা, ঐখোই শোয়দনমক পীজগনি দান অমসুং ওইগনি ধর্ম্ম চেনবশিং।"

فَلَمَّا آتَاهُم مِّن فَضْلِهِ بَخِلُوا بِهِ وَتَوَلَّوا وَّهُم مُّعْرِضُونَ ﴿٧٦﴾

৭৬। তৌইগুম্বসুং মহাকনা পীখ্রবদা মখোইদা (লন-থুম) মহাক্কী থৌজাললনা, মখোই ওইরকখি অরিকপা কুপশু মদুদা অমসুং মখোই মমায় ওন্থোকখি (মদু তৌবা) পামদদুনা।

فَأَعْقَبَهُمْ نِفَاقًا فِي قُلُوبِهِمْ إِلَىٰ يَوْمِ يَلْقَوْنَهُ بِمَا أَخْلَفُوا اللَّهَ مَا وَعَدُوهُ وَبِمَا كَانُوا يَكْذِبُونَ ﴿٧٧﴾

৭৭। মরম্ম অদুনা মহাকনা লমল্ল থুম্বিখি মখোইবু হাপচনবিদুনা ওইদবা শাজিন্নবা হৈবা মখোইগী মথম্মোইনুংশিংদা (মদু লেঙদনা লৈরগনি) কোরৌ নোংজা অদু ফাওবা মখোইনা উনগদবা অল্লাহগা, মরমদি মখোইনা থুগায়খি মখোইগী ৱাশক তৌখিবদু অল্লাহদা অমসুং মরমদি মখোই মীনম শোরিখি।

أَلَمْ يَعْلَمُوا أَنَّ اللَّهَ يَعْلَمُ سِرَّهُمْ وَنَجْوَاهُمْ وَأَنَّ اللَّهَ عَلَّامُ الْغُيُوبِ ﴿٧٨﴾

৭৮। খঙদব্রা মখোইবু মদুদি অল্লাহনা খঙই মখোইগী অরোনবা (ৱাখল) শিং অমসুং অথুপ্পা ৱা তাম্নবশিং, অমসুং অল্লাহদি ইখঙ-খঙবনি অরোন-অথুপ পুম্নমক ?

الَّذِينَ يَلْمِزُونَ الْمُطَّوِّعِينَ مِنَ الْمُؤْمِنِينَ فِي الصَّدَقَاتِ وَالَّذِينَ لَا يَجِدُونَ إِلَّا جُهْدَهُمْ فَيَسْخَرُونَ مِنْهُمْ سَخِرَ اللَّهُ مِنْهُمْ وَلَهُمْ عَذَابٌ أَلِيمٌ ﴿٧٩﴾

৭৯। অদুগুম্বা মীওইশিং (লৈ) মখোইনা করেমনৈ মশাগী অপাম্বনা দান পীবশিংবু ঈমান্দারশিংগী মরক্তা অমসুং (অসিগুম্ব দান পীহৈবা মীতাশিং) করিসু লৈজদবা মশানা শুরু নোমজুবগী কমায় নত্তনা—মখোইনা থীনা করেমনৈ মখোইবু। অল্লাহনা লমল্ল শিংবিগনি মখোইবু মখোইনা নোক্কজাওবগী, অমসুং মখোইগীদমক (তৈয়ার তৌদুনা লৈ) অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাক।

৮০। (মতাং হৈবশিংগী) মখোইবু অয়োন-অরান ঙাকপিনবগী নংনা হায়জবিরবসু নত্তগা হায়জবিদ্রবসু মখোইগীদমক (চপ মান্নে)। নংনা হায়জবিরবসু মখোইবু ঙাকপিনবগী হুমফু-তরারক হন্না, অল্লাহনা কদৌনুংদসু ঙাকপিররোই মখোইবু। মদুগী মরমদি মখোইনা থাজখিদে অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুলবু। অদুগা অল্লাহনা লমজিংবিদে থাজনঙাই ওইদ্রবা মীশিংবু।

اِسْتَغْفِرْ لَهُمْ اَوْ لَا تَسْتَغْفِرْ لَهُمْ اِنْ تَسْتَغْفِرْ لَهُمْ
سَبْعِيْنَ مَرَّةً فَلَنْ يَّغْفِرَ اللّٰهُ لَهُمْ ذٰلِكَ بِاَنَّهُمْ كَفَرُوْا
بِاللّٰهِ وَرَسُوْلِهٖ وَاللّٰهُ لَا يَهْدِى الْقَوْمَ الْفٰسِقِيْنَ ۝٨٠

১১ শুবা রুকূ

৮১। (লান চত্তদুনা) তুংদা লৈহৌবশিংনা নুংঙাইবা শরুক্কখি (ময়ুমদা) ফমদুনা লৈখিবদা অল্লাহগী রসুলগী মতুংদা, অমসুং মখোইনা পামখিদে হোৎনবা মখোইগী মরন-মথুম অমসুং মশাশিংগা লোয়ননা অল্লাহগী লম্বীদা। অদুগা মখোইনা হায়খি ঃ "চৎকনু নুংশা শাবদা।" হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "নরক্কী খাম্বি মৈনা হেন্না মৈশা কনবনি; মখোইনা করিগুম্বা ভাব তারবদি।"

فَرِحَ الْمُخَلَّفُوْنَ بِمَقْعَدِهِمْ خِلٰفَ رَسُوْلِ اللّٰهِ وَ
كَرِهُوْٓا اَنْ يُّجَاهِدُوْا بِاَمْوَالِهِمْ وَاَنْفُسِهِمْ فِىْ سَبِيْلِ
اللّٰهِ وَقَالُوْا لَا تَنْفِرُوْا فِى الْحَرِّ قُلْ نَارُ جَهَنَّمَ اَشَدُّ
حَرًّا لَوْ كَانُوْا يَفْقَهُوْنَ ۝٨١

৮২। মরমদুনা মখোই খরা নোক খেজসনু (তাইবঙ পুন্সিদা) অমসুং য়াম্না কপসনু (শিরবা মতুংগী পুন্সিদা) ঃ মসি মতিকচাবা মনা-মথিন্নি মখোইনা কমায়খিবগী।

فَلْيَضْحَكُوْا قَلِيْلًا وَّلْيَبْكُوْا كَثِيْرًا جَزَآءًۢ بِمَا
كَانُوْا يَكْسِبُوْنَ ۝٨٢

৮৩। মরম অদুনা অল্লাহনা করিগুম্বা হলহনবিরবদি নংবু (লানগী খোঙচত্তগী) মখোইগী কাঙলুপ অমদা, মতমদুদা মখোইনা হায়জগনি নংঙোন্দা নয়াথং পীবিনবগী (মখোইবু লান্দা) চৎনবগী (নংগা লোয়ননা), অদুগী মতমদা নং হায়য়ু ঃ "নখোই কদৌনুংদসু চৎলোই ঐগা লোয়ননা নত্তগা কদৌনুংদসু নখোই থেংনরোই য়েক্কবশিংগা ঐগা লোয়ননা। তশেংবমক নখোইনা পামখি (নয়ুম-নয়ুমদা) ফম্বা অহানবদা, মরমদুনা হৌজিকসু ফম্মু লোয়ননা তুংদা লৈহৌবা মখোইদুগা।"

فَاِنْ رَّجَعَكَ اللّٰهُ اِلٰى طَآئِفَةٍ مِّنْهُمْ فَاسْتَاْذَنُوْكَ
لِلْخُرُوْجِ فَقُلْ لَّنْ تَخْرُجُوْا مَعِىَ اَبَدًا وَّلَنْ تُقَاتِلُوْا
مَعِىَ عَدُوًّا اِنَّكُمْ رَضِيْتُمْ بِالْقُعُوْدِ اَوَّلَ مَرَّةٍ
فَاقْعُدُوْا مَعَ الْخٰلِفِيْنَ ۝٨٣

৮৪। অদুগা (হে নবী!) কদৌঙেদসু (জনাজহগী) নমাজ তৌগনু মখোই কনাগুম্বা অমা শিরবদি নত্তগা লেপকনু মহাক্কী কবরদা। তশেংবমক মখোইনা নিন্দা তৌখি অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুলবু অমসুং শিখি মখোইনা লমকেৎ লমহাইরিঙেদা।

وَلَا تُصَلِّ عَلٰٓى اَحَدٍ مِّنْهُمْ مَّاتَ اَبَدًا وَّلَا تَقُمْ عَلٰى قَبْرِهٖ ۗ اِنَّهُمْ كَفَرُوْا بِاللّٰهِ وَرَسُوْلِهٖ وَمَاتُوْا وَهُمْ فٰسِقُوْنَ ۝٨٤

৮৫। অদুগা মখোইগী মরুন মথুম অমসুং মচা মশুশিংনা মরম্মদুনা নং অঙকপা শরুক্কগনু। অল্লাহনা থাবিনীংই রায়েল-চৈরাক মখোইবু মদুগা লোয়ননা হন্দক্কী মপোক্তা, অদুনা মখোইগী মথরাইশিং চৎখিনবা মখোইনা লমফে খোঙফম্নবশিং ওইরিঙেদা।

وَلَا تُعْجِبْكَ اَمْوَالُهُمْ وَاَوْلَادُهُمْ ۗ اِنَّمَا يُرِيْدُ اللّٰهُ اَنْ يُّعَذِّبَهُمْ بِهَا فِى الدُّنْيَا وَتَزْهَقَ اَنْفُسُهُمْ وَهُمْ كٰفِرُوْنَ ۝٨٥

৮৬। অদুগা করিগুম্বা সূরহ অমা ফোংদোকপিরকপা মতমদা (অসি হায়দুনা)ঃ "থাজৌ অল্লাহবু অমসুং কন্না হোৎনৌ (অল্লাহগী মরমদা) মহাক্কী রসুলগা লোয়ননা, মখোইগী মরক্তগী লল্লোইবশিংনা নীজে নংগী নয়াথং (কায়থোকপিনবগী মখোইবু) অমসুং হায়ঃ "থাদোকপিয়ু ঐখোইবু লৈহৌনবগী লোয়ননা (য়ুমদা) ফম্বা মখোইদুগা।"

وَاِذَآ اُنْزِلَتْ سُوْرَةٌ اَنْ اٰمِنُوْا بِاللّٰهِ وَجَاهِدُوْا مَعَ رَسُوْلِهِ اسْتَاْذَنَكَ اُولُوا الطَّوْلِ مِنْهُمْ وَقَالُوْا ذَرْنَا نَكُنْ مَّعَ الْقٰعِدِيْنَ ۝٨٦

৮৭। মখোইনা হেন্না পামজে লৈমিন্নবা নুপীশিংগা লোয়ননা, অমসুং মখোইগী মথম্মোইশিং চাদুম নম্বিখ্রে অদুনা মখোই করিসু খঙদ্রে।

رَضُوْا بِاَنْ يَّكُوْنُوْا مَعَ الْخَوَالِفِ وَطُبِعَ عَلٰى قُلُوْبِهِمْ فَهُمْ لَا يَفْقَهُوْنَ ۝٨٧

৮৮। তৌইগুম্বসুং রসুল অমসুং মহাক্কা লোয়ননা অচুম্বা থাজখ্রবশিংনা কন্না হোৎনৈ (অল্লাহগী মরমদা) মখোইগী মরুন-মথুম অমসুং মশাশিংগা লোয়ননা, অমসুং মখোইসি ফংগনি অফবা পুম্নমক, অমসুং মখোইসি মমায় পাক্কনি।

لٰكِنِ الرَّسُوْلُ وَالَّذِيْنَ اٰمَنُوْا مَعَهٗ جٰهَدُوْا بِاَمْوَالِهِمْ وَاَنْفُسِهِمْ ۗ وَاُولٰٓئِكَ لَهُمُ الْخَيْرٰتُ ۖ وَاُولٰٓئِكَ هُمُ الْمُفْلِحُوْنَ ۝٨٨

৮৯। অল্লাহনা থৌরাং তৌবিখ্রে মখোইগীদমক্তা হৈকোন-লৈকোনশিং মখা অদুদা তুরেলশিং ঈচেল্লি, মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগানি (মতম চুপ্পা)। মসিনি খ্বাইদগী হেন্না অচৌবা জয়।

اَعَدَّ اللّٰهُ لَهُمْ جَنّٰتٍ تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ خٰلِدِيْنَ فِيْهَا ۗ ذٰلِكَ الْفَوْزُ الْعَظِيْمُ ۝٨٩ ع

১২ শুবা রুকূ

وَجَآءَ الْمُعَذِّرُوْنَ مِنَ الْاَعْرَابِ لِيُؤْذَنَ لَهُمْ وَقَعَدَ الَّذِيْنَ كَذَبُوا اللّٰهَ وَرَسُوْلَهٗ ۚ سَيُصِيْبُ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا مِنْهُمْ عَذَابٌ اَلِيْمٌ ﴿٩٠﴾

৯০। অদুগা লৈকংলাদা লৈবশিংগী মরক্তগী (মতাৎ হৈবা মী) খরা লাকখি (নংঙোন্দা) মরাল ঙাকপিনবা হায়জবগী অদুনা মখোইবু কায়থোকপিনবগী (লান চৎপদগী) অদুগা অল্লাহদা অমসুং মহাক্কী রসুলদা লান্না হায়জিনবশিংদো (নীঙঙাইদনা) ফমদুনা লৈখি (ময়ুমশিংদা)। মখোইগীমরক্তা লমফৈ-খোঙফম্নশিংদো ফংগনি অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাক।

لَيْسَ عَلَى الضُّعَفَآءِ وَلَا عَلَى الْمَرْضٰى وَلَا عَلَى الَّذِيْنَ لَا يَجِدُوْنَ مَا يُنْفِقُوْنَ حَرَجٌ اِذَا نَصَحُوْا لِلّٰهِ وَرَسُوْلِهٖ ۚ مَا عَلَى الْمُحْسِنِيْنَ مِنْ سَبِيْلٍ ۚ وَاللّٰهُ غَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ﴿٩١﴾

৯১। দোশ্ব করিসু লৈতে অশোনবশিংদা নত্ত্রগা অনাবশিংদা নত্ত্রগা খরচ লৈতবশিংদা, মখোইনা মপুকচেন শেংলবদি অল্লাহদা অমসুং মহাক্কী রসুলদা। (বদনাম তৌনবগী) মরম করিসু লৈতে অফবা তৌবশিংগী মথক্তা; অমসুং অল্লাহদি য়োনজ্র-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَّلَا عَلَى الَّذِيْنَ اِذَا مَآ اَتَوْكَ لِتَحْمِلَهُمْ قُلْتَ لَآ اَجِدُ مَآ اَحْمِلُكُمْ عَلَيْهِ ۪ تَوَلَّوْا وَّاَعْيُنُهُمْ تَفِيْضُ مِنَ الدَّمْعِ حَزَنًا اَلَّا يَجِدُوْا مَا يُنْفِقُوْنَ ﴿٩٢﴾

৯২। নত্ত্রগা (দোশ করিসু লৈতে) মখোইদুগী মথক্তা, মখোইনা লাকখিবদা নংঙোন্দা পীবিনবগী মখোইদা তোংনবা 'সরারী,' নংনা হায়খি ঃ "ঐগী ইনাক্তা করিমতা লৈতে তোংহন্নবগী নখোইবু।" মখোই হন্দুনা চৎখি, মমিৎশিংদা পিগী ঈরা শীংথদুনা অৱাবা নম্বোনদুনা মদুদি মখোইনা ঙমখিদে ফংবা উপায় করিমতা খরচ তৌনবগী।

اِنَّمَا السَّبِيْلُ عَلَى الَّذِيْنَ يَسْتَاْذِنُوْنَكَ وَهُمْ اَغْنِيَآءُ ۚ رَضُوْا بِاَنْ يَّكُوْنُوْا مَعَ الْخَوَالِفِ ۙ وَطَبَعَ اللّٰهُ عَلٰى قُلُوْبِهِمْ فَهُمْ لَا يَعْلَمُوْنَ ﴿٩٣﴾

৯৩। দোশ তৌবা য়াবগী মরমদি মখোইতবুনি, মখোইনা হায়জখি নংঙোন্দা নয়াথং পীবিনবগী মখোইবু (য়ুমদা লৈহৌনবগী), মখোই ইনাকখুনবা ওইরগা। মখোইনা পামই লৈমিন্নবা নুপীশিংগা লোয়ননা। অল্লাহনা চাদুম নম্বিখ্রে মখোইগী মথম্মোইশিং অদুনা মখোই করিসু খঙদ্রে।

সিপারহ ১১ ঃ য়'অতজিরুন

يَعْتَذِرُوْنَ اِلَيْكُمْ اِذَا رَجَعْتُمْ اِلَيْهِمْ ۚ قُلْ

৯৪। মখোইনা হায়জগনি মরাল ঙাকপিনবগী

لَا تَعْتَذِرُوا لَن نُّؤْمِنَ لَكُمْ قَدْ نَبَّأَنَا اللَّهُ مِنْ أَخْبَارِكُمْ وَسَيَرَى اللَّهُ عَمَلَكُمْ وَرَسُولُهُ ثُمَّ تُرَدُّونَ إِلَىٰ عَالِمِ الْغَيْبِ وَالشَّهَادَةِ فَيُنَبِّئُكُم بِمَا كُنتُمْ تَعْمَلُونَ ﴿٩٤﴾

নখোইদা নখোইনা হল্লকপা মতমদা মখোইদা (তাবুক্কী খোঙচত্তগী)। হায়য়ু (মখোইদা): “হায়জগনু নরাল ঙাকপিনবগী, ঐখোইনা থাজররোই নখোইবু। তশেংবমক অল্লাহনা হান্না খঙহনবিখ্রে। ঐখোইদা নখোইগী ৱারম পুম্নমক। অদুগা হৌজিক অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলনা য়েংবিগনি নখোইনা তৌবা থবকশিং; মসিগী মতুংদা নখোই হনজিনগনি অরোনবা অমসুং অফোংবা ইখঙ-খঙবা মহাক্কী মায়কৈদা, মতমদুদা মহাকনা তাকপিগনি নখোইবু (থবক) পুম্নমক নখোইনা তৌখিবদু।

سَيَحْلِفُونَ بِاللَّهِ لَكُمْ إِذَا انقَلَبْتُمْ إِلَيْهِمْ لِتُعْرِضُوا عَنْهُمْ فَأَعْرِضُوا عَنْهُمْ إِنَّهُمْ رِجْسٌ وَمَأْوَاهُمْ جَهَنَّمُ جَزَاءً بِمَا كَانُوا يَكْسِبُونَ ﴿٩٥﴾

৯৫। মখোইনা ৱাশক্কনি নখোইদা অল্লাহগী কসম তৌদুনা নখোইনা হনখিবদা মখোইদা, অদুনা নখোইনা থাদোকপিনবা মখোইবু। মরমদুনা থাদোকও মখোইবু। তশেংবমক মখোই (মরমচৎ) য়াম্না তুক্কচনিঙঙাইনি অমসুং মখোইগী লৈফমদি যম লৈবাকনি,(মসি) মতিকচাবা লমলনি মখোইনা মশিঙ্গাং ওইনা কমায়খিবগী।

يَحْلِفُونَ لَكُمْ لِتَرْضَوْا عَنْهُمْ فَإِن تَرْضَوْا عَنْهُمْ فَإِنَّ اللَّهَ لَا يَرْضَىٰ عَنِ الْقَوْمِ الْفَاسِقِينَ ﴿٩٦﴾

৯৬। মখোইনা ৱাশক্কনি নখোইদা অদুনা নখোইনা য়াবিনবা মখোইবু; তৌইগুম্বসুং নখোইনা য়াল্লরসু মখোইবু, অল্লাহনা তশেংনমক য়াবিদে কা হেন্দোকপা মীশিংবু।

الْأَعْرَابُ أَشَدُّ كُفْرًا وَنِفَاقًا وَأَجْدَرُ أَلَّا يَعْلَمُوا حُدُودَ مَا أَنزَلَ اللَّهُ عَلَىٰ رَسُولِهِ وَاللَّهُ عَلِيمٌ حَكِيمٌ ﴿٩٧﴾

৯৭। লৈকংলাদা লৈবা অরবীশিং খ্বাইদগী হেন্না লমযৈ-খোঙঠম্নবনি অমসুং মতাং হৈবনি, অমসুং থোইনমক খঙনীংদবনি য়াথংশিং অল্লাহনা থাবিখিবদু মহাক্কী রসুলদা। তৌইগুম্বসুং অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَمِنَ الْأَعْرَابِ مَن يَتَّخِذُ مَا يُنفِقُ مَغْرَمًا وَيَتَرَبَّصُ بِكُمُ الدَّوَائِرَ عَلَيْهِمْ دَائِرَةُ السَّوْءِ وَاللَّهُ سَمِيعٌ عَلِيمٌ ﴿٩٨﴾

৯৮। অদুগা লৈকংলাদা লৈবা অরবীশিংগী মরক্তগী খরনা খল্লি মখোইনা খরচ তৌবদু (অল্লাহগী লম্বীদা) জরিমানানি অমসুং মখোইনা ঙাই (ফত্তবা) দোশা ঈরৈ নখোইদা তারকপা। অদুগা অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

৯৯। তৌইগুম্বসুং লৈকংলাদা লৈবা অরবীশিংগী মরক্তা অসিগুম্বা মীওইসু লৈ মখোইনা থাজে অল্লাহবু অমসুং অরোয়বা নুমিৎপু, অমসুং খল্লি মখোইনা খরচ তৌবদু (অফবগী মরমদা) পাম্বৈনি অল্লাহগী মনাক নকশন্নবগী অমসুং আশীর্ব্বাদ ফংনবগী রসুলগী। য়েংউ! মসি থাঙ্গৈশেংবমক মখোইগী পাম্বৈনি মনাক নকশন্নবগী (অল্লাহগী)। অল্লাহনা থুনমক চঙহনবিগনি মখোইবু মহাক্কী থৌজালদা। তশেংবমক অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَمِنَ الْأَعْرَابِ مَن يُؤْمِنُ بِاللَّهِ وَالْيَوْمِ الْآخِرِ وَيَتَّخِذُ مَا يُنفِقُ قُرُبَاتٍ عِندَ اللَّهِ وَصَلَوَاتِ الرَّسُولِ أَلَا إِنَّهَا قُرْبَةٌ لَّهُمْ سَيُدْخِلُهُمُ اللَّهُ فِي رَحْمَتِهِ إِنَّ اللَّهَ غَفُورٌ رَّحِيمٌ

১৩ শুবা রুকূ

১০০। অদুগা খ্বাইদগী মকোক থোংবা (অচুম্বা থাজবশিংগী মরক্তা), অহানবা য়ুমহোংখিবশিং অমসুং তেংবাংবশিং অমসুং মখোইগী মতুং ইনখিবশিং অফবা লম্বীনবদা, অল্লাহনা পেনবিখ্রে মখোইবু অমসুং মখোইসু পেনজখ্রে অল্লাহদা; অদুনা মহাকনা তৈয়ার তৌবিখ্রে মখোইগীদমক্তা স্বর্গ লৈকোনশিং মখা অদুদা তুরেলশিং ঈচেল্লি, মখোই লৈরগনি মদুগী মনুংদা লোম্বা নাইদনা। মসি খ্বাইদগী হেন্না অচৌবা জয়নি।

وَالسَّابِقُونَ الْأَوَّلُونَ مِنَ الْمُهَاجِرِينَ وَالْأَنصَارِ وَالَّذِينَ اتَّبَعُوهُم بِإِحْسَانٍ رَّضِيَ اللَّهُ عَنْهُمْ وَرَضُوا عَنْهُ وَأَعَدَّ لَهُمْ جَنَّاتٍ تَجْرِي تَحْتَهَا الْأَنْهَارُ خَالِدِينَ فِيهَا أَبَدًا ذَٰلِكَ الْفَوْزُ الْعَظِيمُ

১০১। অদুগা লৈকংলাদা লৈবা অরবীশিং নখোইগী অকোয়বদা লৈরিবগী মরক্তা খরদি মতাৎ হৈবশিংনি অমসুং মদীনহ (শহর) দা লৈবশিং (সু) লাকঙমদবা মতাৎ তৌবশিংনি। নংদি খঙদে মখোইবু; ঐখোইনা (মুল্লা) খঙই মখোইবু। ঐখোইনা চৈরাক থাবিগনি মখোইবু অনিরক (পুন্সি অসিদা), মসিগী মতুংদা মখোইবু থাজিনবিগনি অচৌবা রায়েল-চৈরাকদা।

وَمِمَّنْ حَوْلَكُم مِّنَ الْأَعْرَابِ مُنَافِقُونَ وَمِنْ أَهْلِ الْمَدِينَةِ مَرَدُوا عَلَى النِّفَاقِ لَا تَعْلَمُهُمْ نَحْنُ نَعْلَمُهُمْ سَنُعَذِّبُهُم مَّرَّتَيْنِ ثُمَّ يُرَدُّونَ إِلَىٰ عَذَابٍ عَظِيمٍ

১০২। অদুগা অতোপ্পা (মতাৎ তৌবশিং) সু লৈরি মখোইনা চুমই হায়না য়াখ্রে মখোইগী মরালশিং। মখোইনা চয়ান খয়ান তৌখি অফবা

وَآخَرُونَ اعْتَرَفُوا بِذُنُوبِهِمْ خَلَطُوا عَمَلًا صَالِحًا

وَّاٰخَرَ سَيِّئًا ۭ عَسَى اللّٰهُ اَنْ يَّتُوْبَ عَلَيْهِمْ ۭ اِنَّ اللّٰهَ غَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ۝١٠٢

থবক অমবু অতোপ্পা ফত্তবা অমগা। অল্লাহনা নুংশিবিরকপসু য়াই মখোইবু। তশেংবমক অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

خُذْ مِنْ اَمْوَالِهِمْ صَدَقَةً تُطَهِّرُهُمْ وَتُزَكِّيْهِمْ بِهَا وَصَلِّ عَلَيْهِمْ ۭ اِنَّ صَلٰوتَكَ سَكَنٌ لَّهُمْ ۭ وَاللّٰهُ سَمِيْعٌ عَلِيْمٌ ۝١٠٣

১০৩। লৌ দান মখোইগী সম্পত্তিদগী, অদুনা নংনা ওইহনবিনবা মখোইবু (অফোংবদা) অশেংবা অমসুং (অরোনবদসু) অশেংবা মদুগী মতেংনা, অমসুং দুআ তৌবিয়ু মখোইগীদমক। তশেংবমক নংগী দুআদি নুংঙাইনিঙঙাইনি মখোইগী। অদুগা অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

اَلَمْ يَعْلَمُوْٓا اَنَّ اللّٰهَ هُوَ يَقْبَلُ التَّوْبَةَ عَنْ عِبَادِهٖ وَيَاْخُذُ الصَّدَقٰتِ وَاَنَّ اللّٰهَ هُوَ التَّوَّابُ الرَّحِيْمُ ۝١٠٤

১০৪। খঙদব্রা মখোই অল্লাহদি য়াবিহৈবনি মনাইশিংনা মপাপ হায়দোকচবদা অমসুং দানসু লৌই (মনাইশিংদগী), অমসুং অল্লাহ মহাক্তি হন্না হন্না চানবিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَقُلِ اعْمَلُوْا فَسَيَرَى اللّٰهُ عَمَلَكُمْ وَرَسُوْلُهٗ وَالْمُؤْمِنُوْنَ ۭ وَسَتُرَدُّوْنَ اِلٰى عٰلِمِ الْغَيْبِ وَالشَّهَادَةِ فَيُنَبِّئُكُمْ بِمَا كُنْتُمْ تَعْمَلُوْنَ ۝١٠٥

১০৫। অদুগা হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "থবক তৌ, অমসুং অল্লাহনা য়েংবিগনি নখোইগী লীচৎ অমসুং (য়েংবিগনি) মহাক্কী রসুল অমসুং অচুম্বা থাজবশিংনসু। অদুগা নখোই হনজিনগনি অরোনবা অমসুং অফোংবা ইখঙ-খঙবা মহাক্কী মায়কৈদা, মতমদুদা মহাকনা তাকপিগনি নখোইবু (থবক) পুম্নমক নখোইনা তৌখিবদু।"

وَاٰخَرُوْنَ مُرْجَوْنَ لِاَمْرِ اللّٰهِ اِمَّا يُعَذِّبُهُمْ وَاِمَّا يَتُوْبُ عَلَيْهِمْ ۭ وَاللّٰهُ عَلِيْمٌ حَكِيْمٌ ۝١٠٦

১০৬। অদুগা অতোপ্পা (মতাৎ তৌবশিং) সু লৈরি মখোইগী য়াদি ঙাইদুনা লৈখ্রে অল্লাহগী হুকুম। মহাকনা চৈরাক থাবিবসু য়াই মখোইবু নত্ত্রগা মহাকনা ঙাকপিবসু য়াই মখোইবু। অদুগা অল্লাহদি পুংখঙ-খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَالَّذِيْنَ اتَّخَذُوْا مَسْجِدًا ضِرَارًا وَّكُفْرًا وَّتَفْرِيْقًا ۢ بَيْنَ الْمُؤْمِنِيْنَ وَاِرْصَادًا لِّمَنْ حَارَبَ اللّٰهَ وَرَسُوْلَهٗ

১০৭। অদুগা (মতাৎ তৌবশিংগী) মরক্তা অসিগুম্বা মীওইশিং লৈরি মখোইদুনা শাখি মসজিদ অমা অমাঙবা থোকহন্নবগী (ইসলামদা) অমসুং (তেংবাংনবগী) লমফৈ-খোঙফম্নবা অমসুং মচেৎ তাহন্নবগী অচুম্বা থাজবশিংবু অমসুং নারোৎফম ওইনবগী অদুগুম্বা মীওইগী মহাকনা

مِنْ قَبْلُ ۗ وَلَيَحْلِفُنَّ إِنْ أَرَدْنَا إِلَّا الْحُسْنَىٰ ۖ وَاللَّهُ يَشْهَدُ إِنَّهُمْ لَكَاذِبُونَ ﴿١٠٧﴾

লানবানখি অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলগা মমাংঙৈদা। অদুগা মখোইনা শোয়দনমক ৱাশক্কনি (অসি হায়দুনা)ঃ "ঐখোইগী পান্দমদি অফবা তৌবনি।" তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা সাক্ষী পীরি মদুদি মখোই শোয়দনমক মীনমজাওবশিংনি।

لَا تَقُمْ فِيهِ أَبَدًا ۚ لَمَسْجِدٌ أُسِّسَ عَلَى التَّقْوَىٰ مِنْ أَوَّلِ يَوْمٍ أَحَقُّ أَنْ تَقُومَ فِيهِ ۚ فِيهِ رِجَالٌ يُحِبُّونَ أَنْ يَتَطَهَّرُوا ۚ وَاللَّهُ يُحِبُّ الْمُطَّهِّرِينَ ﴿١٠٨﴾

১০৮। কদৌনুংদসু (নমাজ তৌবগী) লেপকনু মদুদা। মসজিদ অমা হান্না ভক্তিগা লোয়ননা লিংখৎখিবা অদুনা মতিকচাবা হেল্লি অদুনা নং লেপও (নমাজ তৌবগী) মদুদা। (মসজিদ) অদুদা লৈবা মীশিংনা লৈজনীংই অশেংবা পুন্সি, অমসুং অল্লাহনা নুংশিবি মশাবু শেংদোকচবশিংবু।

أَفَمَنْ أَسَّسَ بُنْيَانَهُ عَلَىٰ تَقْوَىٰ مِنَ اللَّهِ وَرِضْوَانٍ خَيْرٌ أَمْ مَنْ أَسَّسَ بُنْيَانَهُ عَلَىٰ شَفَا جُرُفٍ هَارٍ فَانْهَارَ بِهِ فِي نَارِ جَهَنَّمَ ۗ وَاللَّهُ لَا يَهْدِي الْقَوْمَ الظَّالِمِينَ ﴿١٠٩﴾

১০৯। কনানা হেন্না ফবগেঃ মী অমনা লিংখৎলি মহাক্কী বিলডিং অল্লাহগী ভক্তি অমসুং য়াবিবনা (যুমফম ওইদুনা), নত্ত্রগা অতোপ্পা অমনা লিংখৎলি মহাক্কী বিলডিং ঈশিংনা চাশিনখ্রবা তোরবান মথক্তা মদু (খঙহৌদনা) কিথখ্রে মহাক্কা লোয়ননা নরক্কী খাম্বি মৈনুংদা? অদুগা অল্লাহনা লমজিংবিদে অরানবা লম্বীনবা মীশিংবু।

لَا يَزَالُ بُنْيَانُهُمُ الَّذِي بَنَوْا رِيبَةً فِي قُلُوبِهِمْ إِلَّا أَنْ تَقَطَّعَ قُلُوبُهُمْ ۗ وَاللَّهُ عَلِيمٌ حَكِيمٌ ﴿١١٠﴾

১১০। মখোইনা শাখিবা বিলডিং অদু ওইরগনি মতম লৈবা খিবিক্তা নুংনাংনিঙঙাই মখোইগী মথম্মোইনুংশিদা, মখোইগী মথম্মোইশিং মচেৎ-মচেৎ ককথৎখিবা নত্ত্রবদি। অদুগা অল্লাহদি পুংখঙ-খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

১৪ শুবা রুকূ

إِنَّ اللَّهَ اشْتَرَىٰ مِنَ الْمُؤْمِنِينَ أَنْفُسَهُمْ وَأَمْوَالَهُمْ بِأَنَّ لَهُمُ الْجَنَّةَ ۚ يُقَاتِلُونَ فِي سَبِيلِ اللَّهِ فَيَقْتُلُونَ وَيُقْتَلُونَ ۖ وَعْدًا عَلَيْهِ حَقًّا فِي التَّوْرَاةِ وَالْإِنْجِيلِ

১১১। তশেংবমক অল্লাহনা লৈবিখ্রে ঈমান্দারশিংগী মথৱাইশিং অমসুং মখোইগী সম্পত্তিশিং—মদুগী মহুত্তা মখোই ফংগনি স্বর্গ লৈকোন। মখোইনা লান তৌই অল্লাহগী লম্বীদা, মরমদুনা মখোইনা হাৎলি (অতোপ্পশিংবু) অমসুং মখোইবুসু হাৎলি (অতোপ্পশিংনা)। ৱাশক অসি তঙাইফদ্রবনি। মহাকমক্কী মথক্তা (হায়না ইখ্রবনি) তৌরাতদা অমসুং ইনজীলদা অমসুং কুরআন্দা।

وَالْقُرْاٰنِ ۭ وَمَنْ اَوْفٰى بِعَهْدِهٖ مِنَ اللّٰهِ فَاسْتَبْشِرُوْا بِبَيْعِكُمُ الَّذِىْ بَايَعْتُمْ بِهٖ ۭ وَذٰلِكَ هُوَ الْفَوْزُ الْعَظِيْمُ ﴿۱۱۱﴾

অদুগা কনানো মহাক্কী রাশক পুরা তৌবা ঙম্বা অল্লাহদগী হেন্না ? মরম অদুনা নখোই হরাওজৌ নখোইগী লেপ্পখিবা রাদা মদু নখোইনা লেপনখি মহাক্কা লোয়ননা। অদুগা মসিনিদো খ্বাইদগী হেন্না অচৌবা জয়।

اَلتَّاۗىِٕبُوْنَ الْعٰبِدُوْنَ الْحٰمِدُوْنَ السَّاۗىِٕحُوْنَ الرّٰكِعُوْنَ السّٰجِدُوْنَ الْاٰمِرُوْنَ بِالْمَعْرُوْفِ وَالنَّاهُوْنَ عَنِ الْمُنْكَرِ وَالْحٰفِظُوْنَ لِحُدُوْدِ اللّٰهِ ۭ وَبَشِّرِ الْمُؤْمِنِيْنَ ﴿۱۱۲﴾

১১২। (জয় তৌবশিংদি) মখোইদুনি মখোইনা মপাপ হায়দোকচৈ (অল্লাহদা), মখোইনা থৌগালজে (মহাকপু), মখোইনা থাগৎচৈ (মহাকপু), মখোইনা লম কোয়না চৎলি ভক্তি কন্নুনা (মহাকপু), মখোইনা মকোক নোনজৈ (অল্লাহদা), মখোইনা সজদহ তৌই (নমাজদা), মখোইনা য়াথংনজৈ অফবা তৌনবা অমসুং থিংই ফত্তবা তৌবা অমসুং মখোইনা ঙাকচৈ অল্লাহগী (হুকুমগী) পনখৈদু। অদুগা (হে নবী!) পীযু হরাওবা পাওজেন অচুম্বা থাজবশিংদা।

مَا كَانَ لِلنَّبِيِّ وَالَّذِيْنَ اٰمَنُوْٓا اَنْ يَّسْتَغْفِرُوْا لِلْمُشْرِكِيْنَ وَلَوْ كَانُوْٓا اُولِيْ قُرْبٰى مِنْۢ بَعْدِ مَا تَبَيَّنَ لَھُمْ اَنَّھُمْ اَصْحٰبُ الْجَحِيْمِ ﴿۱۱۳﴾

১১৩। নবী অমসুং অচুম্বা থাজবশিংনা তৌরোইদবনি হায়জবিবা ঙাকপিনবগী লাইয়াম ঈরাৎপশিংগীদমক, মখোই মরী থোক্নবশিং ওইরবসু (মখোইগী), মখোইনা তশেংনা খঙলবদা মখোইদু ভুং-ভুং চাকপা থাম্বি মৈকোমগী মরূপশিংনি।

وَمَا كَانَ اسْتِغْفَارُ اِبْرٰهِيْمَ لِاَبِيْهِ اِلَّا عَنْ مَّوْعِدَةٍ وَّعَدَھَآ اِيَّاهُ ۚ فَلَمَّا تَبَيَّنَ لَهٗٓ اَنَّهٗ عَدُوٌّ لِّلّٰهِ تَبَرَّاَ مِنْهُ ۭ اِنَّ اِبْرٰهِيْمَ لَاَوَّاهٌ حَلِيْمٌ ﴿۱۱۴﴾

১১৪। অদুগা ইব্রাহীমনা হায়জখিবদু মপাবুংগী ঙাকপিনবগী রাশক অমা মহাকনা তৌখিবগীদমকনি মঙোন্দা ; তৌইগুম্বসুং মহাকনা তশেংনা খঙলকলবদা (মপাবুং) মহাক য়েক্নবনি হায়বা অল্লাহগী, মহাকনা খায়দোকচখি মঙোন্দগী। তশেংবমক ইব্রাহীমদু ওইখি মথম্মোই থোৎপা, মপুক লাকপা ঙম্বা।

وَمَا كَانَ اللّٰهُ لِيُضِلَّ قَوْمًۢا بَعْدَ اِذْ هَدٰىهُمْ

১১৫। অদুগা অল্লাহনা কদৌনুংদসু লম্মুক্ক হনবিদে মী কাঙলুপ অমবু মহাকনা লমজিং মৈরা উহনবিখ্রবদা মখোইবু, অসি ফাওবা অদুনা মহাকনা তশেংনা খঙহনবিদরিঙৈ মখোইবু করি

حَتّٰى يُبَيِّنَ لَهُمْ مَّا يَتَّقُوْنَ ۭ اِنَّ اللّٰهَ بِكُلِّ شَيْءٍ عَلِيْمٌ ۝١١٥

করি (পোৎশিং) মখোইনা ঙাক্কদবা। তশেংবমক অল্লাহনা মুন্না খঙই পোৎ পুম্নমক।

اِنَّ اللّٰهَ لَهٗ مُلْكُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۭ يُحْيٖ وَيُمِيْتُ ۭ وَمَا لَكُمْ مِّنْ دُوْنِ اللّٰهِ مِنْ وَّلِيٍّ وَّلَا نَصِيْرٍ ۝١١٦

১১৬। তশেংবমক অল্লাহগী নিংথৌলৈবাকনি আসমান অমসুং পৃথিবীসি। মহাকনা হিংহল্লি অমসুং মহাকনা শিহল্লি। অদুগা নখোইগী লৈতে মরূপ নত্তগা তেংবাংবিনবা কনামত্তা অল্লাহ নত্তনা।

لَقَدْ تَّابَ اللّٰهُ عَلَى النَّبِيِّ وَالْمُهٰجِرِيْنَ وَالْاَنْصَارِ الَّذِيْنَ اتَّبَعُوْهُ فِيْ سَاعَةِ الْعُسْرَةِ مِنْۢ بَعْدِ مَا كَادَ يَزِيْغُ قُلُوْبُ فَرِيْقٍ مِّنْهُمْ ثُمَّ تَابَ عَلَيْهِمْ ۭ اِنَّهٗ بِهِمْ رَءُوْفٌ رَّحِيْمٌ ۝١١٧

১১৭। তশেংবমক অল্লাহনা থৌজালবিখ্রে ঙাকপিবগা লোয়ননা নবীবু অমসুং য়ুমহোংশ্র-বশিংবু অমসুং তেংবাংবশিংবু মখোইনা লোয়ন-খিবগী মহাকপু অৱাবগী পুংফমদা মখোইগী মরক্তগী কাঙবু অমনা মপুকনিং শেরান্ননা থৈদোকনীংশ্রবদা (তৌগদবা মথৌদগী) অদুগী তুংদা মহাকনা ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা থৌজালবিখি মখোইবু। থাঙ্গৈশেংবমক মহাক্তি মীনুংশি চাওবনি, নুংশিহৈবনি মখোইদা।

وَّعَلَى الثَّلٰثَةِ الَّذِيْنَ خُلِّفُوْا ۭ حَتّٰٓى اِذَا ضَاقَتْ عَلَيْهِمُ الْاَرْضُ بِمَا رَحُبَتْ وَضَاقَتْ عَلَيْهِمْ اَنْفُسُهُمْ وَظَنُّوْٓا اَنْ لَّا مَلْجَاَ مِنَ اللّٰهِ اِلَّآ اِلَيْهِ ۭ ثُمَّ تَابَ عَلَيْهِمْ لِيَتُوْبُوْا ۭ اِنَّ اللّٰهَ هُوَ التَّوَّابُ الرَّحِيْمُ ۝١١٨

১১৮। অদুগা (মহাকনা ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা ঙাকপিখি) শমু মীকোক অহুম মখোইদু তুংদা লৈহৌখি, অসি ফাওবা মদুদি পৃথিবী, পাক চাওরবসু, অখুবা ওইখি মখোইদা অমসুং মখোইগী মথৱাইশিং অৱাবা শরুক্তখি; অমসুং মখোইনা খঙখি মদুদি অল্লাহ নত্তবা কনামতদা চঙজফম লৈখিদে। অদুগী তুংদা মহাকনা ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা ঙাকপিখি মখোইবু অদুনা মখোই মপুকনিং ওনশনজনবা (মহাক্তী মায়কৈদা)। থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহদি হন্না হন্না চানবিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

১৫ শুবা রুকূ

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوا اتَّقُوا اللّٰهَ وَكُوْنُوْا مَعَ الصّٰدِقِيْنَ ۝١١٩

১১৯। হে অচুম্বা থাজবশিং! অল্লাহবু কিয়ু অমসুং লোয়নৌ অচুম্বা শকপান্নবশিংগা।

مَا كَانَ لِاَهْلِ الْمَدِيْنَةِ وَمَنْ حَوْلَهُمْ مِّنَ الْاَعْرَابِ

১২০। চুমদবনি মদীনহদা লৈবা মীশিং অমসুং মখোইগী অকোয়বদা লৈবা অরবীশিংনা তুংদা লৈথদুনা লৈহৌবা অল্লাহগী রসুলগী (তাবুক্কী

أَنْ يَتَخَلَّفُوا عَنْ رَسُولِ اللَّهِ وَلَا يَرْغَبُوا بِأَنْفُسِهِمْ عَنْ نَفْسِهِ ۚ ذَٰلِكَ بِأَنَّهُمْ لَا يُصِيبُهُمْ ظَمَأٌ وَلَا نَصَبٌ وَلَا مَخْمَصَةٌ فِي سَبِيلِ اللَّهِ وَلَا يَطَئُونَ مَوْطِئًا يَغِيظُ الْكُفَّارَ وَلَا يَنَالُونَ مِنْ عَدُوٍّ نَيْلًا إِلَّا كُتِبَ لَهُمْ بِهِ عَمَلٌ صَالِحٌ ۚ إِنَّ اللَّهَ لَا يُضِيعُ أَجْرَ الْمُحْسِنِينَ ﴿١٢٠﴾

খোঙচত্তা) নত্ত্রগা মখোইনা হেন্না পাম্মুবা মখোইগী মথৱাইশিং মহাক্কী থৱাইদগী। মসিগী মরমদি অসিনি ঃ মখোই ফংদরি খৌরাংবা নত্ত্রগা হকচাং চোকথ-হুইথবা নত্ত্রগা পুক্কী অরান্বা অল্লাহগী লম্বীদা, নত্ত্রগা মখোই খোঙনা চত্তরি লম অমতদা (অসিগুম্বা থৌওংদা) মদুনা শাউহনবা য়াবা লমফৈ খোঙফম্নবশিংবু নত্ত্রগা মখোইনা থোকহন্দরি করিগুম্বা অমাঙবা অমতা য়েক্লবশিংদা, তৌইগুম্বসুং হায়খিবা পুম্নমকসি ইশিনবি মখোইগীদমক্তা অফবা থবক ওইনা। তশেংবমক, অল্লাহনা মাঙহনবিদে মনা-মথিন অফবা খানবশিংগী।

وَلَا يُنْفِقُونَ نَفَقَةً صَغِيرَةً وَلَا كَبِيرَةً وَلَا يَقْطَعُونَ وَادِيًا إِلَّا كُتِبَ لَهُمْ لِيَجْزِيَهُمُ اللَّهُ أَحْسَنَ مَا كَانُوا يَعْمَلُونَ ﴿١٢١﴾

১২১। অদুগা মখোইনা তৌদে (অল্লাহগী লম্বীদা) খরচ করিমতা, খরা নত্ত্রগা য়াম্না, নত্ত্রগা মখোইনা কোয়দরি তমপাক লম অমতা, তৌইগুম্বসুং (মখোইনা তৌবা খরচ নত্ত্রগা খোঙচৎ খুদিংমক) ইশিল্লি মখোইগীদমক, অদুনা অল্লাহনা পীবিনবা মনা-মথিন অফবতা মখোইনা তৌখিবা (থবকশিং) গী।

وَمَا كَانَ الْمُؤْمِنُونَ لِيَنْفِرُوا كَافَّةً ۚ فَلَوْلَا نَفَرَ مِنْ كُلِّ فِرْقَةٍ مِنْهُمْ طَائِفَةٌ لِيَتَفَقَّهُوا فِي الدِّينِ وَلِيُنْذِرُوا قَوْمَهُمْ إِذَا رَجَعُوا إِلَيْهِمْ لَعَلَّهُمْ يَحْذَرُونَ ﴿١٢٢﴾

১২২। অদুগা অচুম্বা থাজবশিং পুল্লপ পুন্না (লান) চৎপা ওইথোক্তবনি। অদু ওইরবদি, করি মরমগী থোরক্তবগে খুৎপু অমা কাঙলুপ খুদিংদগী মখোইগী মরক্তগী অদুনা মখোইনা ফংনবা (মতিকচাবা) ধর্ম্ম শিক্ষা, অমসুং মখোইনা খঙহন্নবা মখোইগী মীশিংবু (ধর্ম্মনীতি) মখোইনা হল্লকপদা (লানফমদগী) মখোইগী মনাক্তা, অদুনা মখোইনা চেকশনত্তনবা (কত্তরম খোঙকম্ন-বদগী) ?

১৬ শুবা রুকূ

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا قَاتِلُوا الَّذِينَ يَلُونَكُمْ مِنَ الْكُفَّارِ

১২৩। হে অচুম্বা থাজবশিং! লান শোকনৌ নখোইগী ননাক্তা লৈবা লমকে-খোঙফম্নবশিংগা অমসুং খঙহল্লু মখোইবু নখোইগী অকনবা

وَلْيَجِدُوا فِيكُمْ غِلْظَةً ۚ وَاعْلَمُوا أَنَّ اللَّهَ مَعَ الْمُتَّقِينَ ﴿١٢٣﴾

(লানগী থৌনা)। অদুগা খঙঙু অল্লাহনা লোয়নবি ধর্ম্ম কায়দবশিংগা।

وَإِذَا مَا أُنزِلَتْ سُورَةٌ فَمِنْهُم مَّن يَقُولُ أَيُّكُمْ زَادَتْهُ هَٰذِهِ إِيمَانًا ۚ فَأَمَّا الَّذِينَ آمَنُوا فَزَادَتْهُمْ إِيمَانًا وَهُمْ يَسْتَبْشِرُونَ ﴿١٢٤﴾

১২৪। অদুগা সূরহ অমা হেক থাবিরকপদা, মখোই খরনা হায়ঃ "নখোই কনাবু মসিনা হেনগৎহনবগে ঈমান?" তৌইগুম্বসুং মসিনা হেনগৎহল্লি অচুম্বা থাজবশিংগী ঈমান অমসুং মখোইনা থোইনমক হরাওজে।

وَأَمَّا الَّذِينَ فِي قُلُوبِهِم مَّرَضٌ فَزَادَتْهُمْ رِجْسًا إِلَىٰ رِجْسِهِمْ وَمَاتُوا وَهُمْ كَافِرُونَ ﴿١٢٥﴾

১২৫। তৌইগুম্বসুং (মতাৎ হৈবশিং) মখোইগী মথম্মোইশিংদা (ধর্ম্মগী) অনাবা লৈবশিংদো, মসিনা হাপচল্লি ফত্তবা মখোইগী ফত্তবদা অমসুং মখোই শি মখোইনা লমফৈ খোঙফম্নবা ওইরিঙেদা।

أَوَلَا يَرَوْنَ أَنَّهُمْ يُفْتَنُونَ فِي كُلِّ عَامٍ مَّرَّةً أَوْ مَرَّتَيْنِ ثُمَّ لَا يَتُوبُونَ وَلَا هُمْ يَذَّكَّرُونَ ﴿١٢٦﴾

১২৬। মখোইবু উদব্রা মদুদি মখোইবু চৈরাক থাবি চহি খুদিংগী অমুক নত্ত্রগা অনিরক? অদুম ওইনমক মখোইনা (মপাপকী) নুংনাংবা ফোংদোক্তে নত্তগা মখোই করিসু চেকশিন্দে।

وَإِذَا مَا أُنزِلَتْ سُورَةٌ نَّظَرَ بَعْضُهُمْ إِلَىٰ بَعْضٍ هَلْ يَرَاكُم مِّنْ أَحَدٍ ثُمَّ انصَرَفُوا ۚ صَرَفَ اللَّهُ قُلُوبَهُم بِأَنَّهُمْ قَوْمٌ لَّا يَفْقَهُونَ ﴿١٢٧﴾

১২৭। অদুগা সূরহ অমা হেক থারকপদা (মখোইগী মমাংদা), মখোই ফৎ য়েংনৈ অমনা অমদা (অমসুং হায়)ঃ "কনাগুম্বনা য়েংব্রা নংঙোন্দা?" অদুগী তুংদা মখোই মমায় ওন্থোকখ্রে। অল্লাহনা ওন্থোকহনবিখ্রে মখোইগী মথম্মোইশিং মরমদি মখোই করিসু খঙদবশিংনি।

لَقَدْ جَاءَكُمْ رَسُولٌ مِّنْ أَنفُسِكُمْ عَزِيزٌ عَلَيْهِ مَا عَنِتُّمْ حَرِيصٌ عَلَيْكُم بِالْمُؤْمِنِينَ رَءُوفٌ رَّحِيمٌ ﴿١٢٨﴾

১২৮। থাঙ্গৈশেংবমক রসুল অমা লাকখ্রে নখোইদা নখোইগী মরক্তগীঃ মহাকনা য়াম্না রাজেএ নখোই খুদোংথীবা ফিবমদা ঈরাক্নগদ্রা হায়না, য়াম্না খোইরাংই নখোইগী (য়াইফনবগী) দমক, অচুম্বা থাজবশিংদদি (মহাক) মীনুংশি চাওবনি, নুংশিহৈবনি।

فَإِن تَوَلَّوْا فَقُلْ حَسْبِيَ اللَّهُ لَا إِلَٰهَ إِلَّا هُوَ ۖ عَلَيْهِ تَوَكَّلْتُ ۖ وَهُوَ رَبُّ الْعَرْشِ الْعَظِيمِ ﴿١٢٩﴾

১২৯। তৌইগুম্বসুং মখোই (পাইমা ঈরৈচেনশিং) না মায় ওন্থোকলবদি, হায়যুঃ "অল্লাহনা ওকলে ঐগীদি, লৈতে চীঙু লাই কনামত্তা মহাক নত্তবা। মঙোন্দা ঐনা আশা তৌজে অমসুং মহাক্তি মপুনি অচৌবা কোইরেল ফম্বালগী।"

سُوْرَةُ يُوْنُسَ مَكِّيَّةٌ (١٠)

সূরহ ১০ য়ুনুস

## (হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ১১০)

১ নবা রুকূ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। ঐ অল্লাহনি, পোৎ পুম্নমক উবনি (অনল্লাহু অরা)। পুম্নমকসি আয়াতশিংনি কিতাবকী মদু পিক থল্লি লৌশিংনা।

الٓرٰ تِلْكَ اٰيٰتُ الْكِتٰبِ الْحَكِيْمِ ②

৩। করি ঙকনঙাই থোকই মীওইবশিংদা মদুদি ঐখোইনা ফোংদোকপিখ্রে মী অমদা মখোইগী মরক্তগী (অসি হায়দুনা)ঃ "চেকশিন্নবা হায়বিয়ু মীওইবশিংদা অমসুং থুংঙু হরাওবা পাওজেন অচুম্বা থাজবশিংদা মদুদি মখোইগী লৈ অচুম্বা থাক (ঈকাইখুম্নবগী) কানবা মখোইগী মপুগী মনাক্তা? লমফৈ খোঙফম্নবশিংনা হায়ঃ "শোয়দনমক, (মী) অসি তশেং-তশেংবা জাদুগরনি।"

اَكَانَ لِلنَّاسِ عَجَبًا اَنْ اَوْحَيْنَآ اِلٰى رَجُلٍ مِّنْهُمْ اَنْ اَنْذِرِ النَّاسَ وَبَشِّرِ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْٓا اَنَّ لَهُمْ قَدَمَ صِدْقٍ عِنْدَ رَبِّهِمْ ؔ قَالَ الْكٰفِرُوْنَ اِنَّ هٰذَا لَسٰحِرٌ مُّبِيْنٌ ③

৪। থাজৈশেংবমক, নখোইগী মপুদি অল্লাহনি মহাকনা শেমখি আসমান অমসুং পৃথিবীবু (তোঙান-তোঙানবা) মতম তরুকদা, অদুগী তুংদা মহাকনা লৌখি আশন (শক্তিগী) কোইরেল ফম্বালথক্তা; মহাকনা শীল্লাংই থবক খুদিং। য়া নোম্বীনবা কনাসু লৈতে মহাক্কী ময়াথং নত্তনা। মসি অল্লাহনি, নখোইগী মপুনি, মরম অদুনা বন্দগী তৌ মহাক্কী। নখোইবু পুকনিং চঙলরোইদ্রা?

اِنَّ رَبَّكُمُ اللّٰهُ الَّذِيْ خَلَقَ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضَ فِيْ سِتَّةِ اَيَّامٍ ثُمَّ اسْتَوٰى عَلَى الْعَرْشِ يُدَبِّرُ الْاَمْرَ ؕ مَا مِنْ شَفِيْعٍ اِلَّا مِنْۢ بَعْدِ اِذْنِهٖ ؕ ذٰلِكُمُ اللّٰهُ رَبُّكُمْ فَاعْبُدُوْهُ ؕ اَفَلَا تَذَكَّرُوْنَ ④

৫। মহাক্কী মায়কৈদা হনজনগনি নখোই পুম্নমক। অল্লাহগী ৱাশক্তি অচুম্বনি। তশেংবমক মহাকনা পুথোকপিখি (মীওইবগী) অহানবা খুৎশেম; মসিগী মতুংদা মহাকনা অমুকহল্লা পুথোকপিগনি মসি, অদুনা মহাকনা পীবিনবা মনা-মথিন অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা থবকশিং

اِلَيْهِ مَرْجِعُكُمْ جَمِيْعًا ؕ وَعْدَ اللّٰهِ حَقًّا ؕ اِنَّهٗ يَبْدَؤُا الْخَلْقَ ثُمَّ يُعِيْدُهٗ لِيَجْزِيَ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوْا

লম্বীনবশিংদা অচুম্বগা লোয়ননা। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিং মখোইদি থক্কনি ক্রুং-ক্রুং শৌবা ঈশিং অমসুং থাবিগনি অৱাবগী মশক ওইবা চৈরাক, মরমদি মখোই অচুম্বা থাজখিদে।

الصّٰلِحٰتِ بِالْقِسْطِ ۚ وَالَّذِيْنَ كَفَرُوْا لَهُمْ شَرَابٌ مِّنْ حَمِيْمٍ وَّعَذَابٌ اَلِيْمٌ ۢ بِمَا كَانُوْا يَكْفُرُوْنَ ④

৬। মহাকননি শেমখিবা নুমিৎপু অরংবা মঙাল পীবা ওইনা অমসুং থাবু ঙান্নবা ওইনা, অমসুং মহাকনা লেপখি (তোঙান-তোঙানবা) ফিবমশিং (নুমিৎ অমসুং থাগী), অদুনা নখোইনা খঙনবা চহি মশিং অমসুং পানবা মতম। অল্লাহনা শেমখিদে মসি অচুম্বগীদমক নত্তনা। মহাকনা তশেংনা উৎপি খুদমশিংসি অখঙবা মীশিংগীদমক্তা।

هُوَ الَّذِيْ جَعَلَ الشَّمْسَ ضِيَآءً وَّالْقَمَرَ نُوْرًا وَّقَدَّرَهٗ مَنَازِلَ لِتَعْلَمُوْا عَدَدَ السِّنِيْنَ وَالْحِسَابَ ؕ مَا خَلَقَ اللّٰهُ ذٰلِكَ اِلَّا بِالْحَقِّ ۚ يُفَصِّلُ الْاٰيٰتِ لِقَوْمٍ يَّعْلَمُوْنَ ⑤

৭। তশেংবমক, অহিং অমসুং নুংথিলগী য়াওন্দা অমসুং অল্লাহনা শেমখিবশিংদা আসমানদা অমসুং পৃথিবীদা; লৈ খুদমশিং ধর্ম্ম লৈবা মীশিংগীদমক্তা।

اِنَّ فِي اخْتِلَافِ الَّيْلِ وَالنَّهَارِ وَمَا خَلَقَ اللّٰهُ فِي السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ لَاٰيٰتٍ لِّقَوْمٍ يَّتَّقُوْنَ ⑥

৮। থাঙ্গৈমকশেংনা, অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা আশা তৌদবা ঐখোইগা উনগনি হায়বা অমসুং তাইবঙ পুন্সিদা থোইনমক নুংঙাইথোকপা অমসুং অপেনবা শরুক্কুবা মদুদা অমসুং য়াওইশন্দবা ঐখোইগী পাওজেনশিংদা—

اِنَّ الَّذِيْنَ لَا يَرْجُوْنَ لِقَآءَنَا وَرَضُوْا بِالْحَيٰوةِ الدُّنْيَا وَاطْمَاَنُّوْا بِهَا وَالَّذِيْنَ هُمْ عَنْ اٰيٰتِنَا غٰفِلُوْنَ ⑦ۙ

৯। মখোইসি, মখোইগী লৈফমদি খাম্বি মৈনি মরমদি মখোইনা (ফত্তবা) কমায়খিবগী।

اُولٰٓئِكَ مَاْوٰىهُمُ النَّارُ بِمَا كَانُوْا يَكْسِبُوْنَ ⑧

১০। থাঙ্গৈশেংবমক, অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা অচুম্বা থাজরবা অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনবা—মখোইগী মপুনা লমজিংবিগনি মখোইবু মখোইগী ঈমানগী মতুংইন্না;
তুরেলশিং ঈচেনগনি মখোইগী মখাদা থোইদোক্না নুংঙাইথ্রবা স্বর্গ লৈকোনশিংদা।

اِنَّ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ يَهْدِيْهِمْ رَبُّهُمْ بِاِيْمَانِهِمْ ۚ تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهِمُ الْاَنْهٰرُ فِيْ جَنّٰتِ النَّعِيْمِ ⑨

১১। মদুগী মনুংদা মখোইগী লাইশোল অসিনি ঃ "নহাক্কী নতিক নঙাল ঙাম্থোইবা ওইসনু, হো অল্লাহ!" অমসুং মখোইগী তরাম-তরাম্না

دَعْوٰىهُمْ فِيْهَا سُبْحٰنَكَ اللّٰهُمَّ وَتَحِيَّتُهُمْ فِيْهَا سَلٰمٌ ۚ

وَاٰخِرُ دَعْوٰىهُمْ اَنِ الْحَمْدُ لِلّٰهِ رَبِّ الْعٰلَمِيْنَ ⑩

ওকপগী রাহৈদি অসিনি ঃ 'সলাম, অমসুং মখোইগী অরোয়বা লাইশোলনা অসিনি ঃ "থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহবুনি, মপুনি জগৎ পুম্নমক্কী!"

২ শুবা রুকূ

وَلَوْ يُعَجِّلُ اللّٰهُ لِلنَّاسِ الشَّرَّ اسْتِعْجَالَهُمْ بِالْخَيْرِ لَقُضِيَ اِلَيْهِمْ اَجَلُهُمْ ۖ فَنَذَرُ الَّذِيْنَ لَا يَرْجُوْنَ لِقَآءَنَا فِيْ طُغْيَانِهِمْ يَعْمَهُوْنَ ⑪

১২। অদুগা অল্লাহনা করিগুম্বা থুনা থোকহল্লমলবদি মীওইবশিংদা ফত্তবা (তৌব)গী ফল মখোইনা থুজিনহন্নীংবগুম শেল-থুম (লৌশনবদা), মখোইগী (পুন্সিগী) অকক্নবা মতমগী (লোয়শন্নবা) হুকুম হান্না তৌবিরমগনি মখোইদা। তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা থাদোকপি (কিয়ামত নুমিত্তা) ঐখোইগা উনগনি হায়বা আশা তৌদবশিংবু কা হেন্দোকপদা অসুম হৈনহনবিদুনা পঙকোয়-কোয়হল্লি কণ্ডাওননা।

وَاِذَا مَسَّ الْاِنْسَانَ الضُّرُّ دَعَانَا لِجَنْۢبِهٖٓ اَوْ قَاعِدًا اَوْ قَآئِمًا ۚ فَلَمَّا كَشَفْنَا عَنْهُ ضُرَّهٗ مَرَّ كَاَنْ لَّمْ يَدْعُنَآ اِلٰى ضُرٍّ مَّسَّهٗ ۗ كَذٰلِكَ زُيِّنَ لِلْمُسْرِفِيْنَ مَا كَانُوْا يَعْمَلُوْنَ ⑫

১৩। অদুগা কনাগুম্বা মীনা অরাবদা তারবদা, মহাকনা কৌই ঐখোইবু ঃ চেপথদুনা নাকলদা, নত্তগা ফমদুনা, নত্তগা লেপ্তুনা, তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা লৌথোকপিরবদা মহাক্কী অরাবদু মঙোন্দগী, মহাক নীঙঙাইদনা (হান্নগী মতৌগুম অদুম) লৈ কদৌনুংদসু কৌখিদবগুম ঐখোইবু (লৌথোকপিনবগী) অরাবা থোকখিবদু মঙোন্দা। অসুম্না ফজবা ওইনা উহনবি কা হেন্দোকপশিংদা মখোইনা তৌবা (থবক) শিংদু।

وَلَقَدْ اَهْلَكْنَا الْقُرُوْنَ مِنْ قَبْلِكُمْ لَمَّا ظَلَمُوْا ۙ وَجَآءَتْهُمْ رُسُلُهُمْ بِالْبَيِّنٰتِ وَمَا كَانُوْا لِيُؤْمِنُوْا ۗ كَذٰلِكَ نَجْزِى الْقَوْمَ الْمُجْرِمِيْنَ ⑬

১৪। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা মাঙহনবিখ্রে মীরোন কয়া নখোইগী মমাংদা মখোইনা অরানবা লম্বীনখিবগী; অমসুং মখোইগী রসুলশিং লাকখি মখোইদা তশেংবা খুদমশিংগা লোয়ননা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা অচুম্বা থাজখিদে। অসুম্না ঐখোইনা পীবি মহৈ মরাল লৈরবা মীশিংবু।

ثُمَّ جَعَلْنٰكُمْ خَلٰٓئِفَ فِي الْاَرْضِ مِنْ بَعْدِهِمْ لِنَنْظُرَ كَيْفَ تَعْمَلُوْنَ ⑭

১৫। অদুগী তুংদা, ঐখোইনা শেম্বিখি নখোইবু মখোইগী মহুৎ শীনবশিং পৃথিবীদা মখোইগী মতুংদা, অদুনা ঐখোইনা য়েংনবা নখোই করম্না থবক তৌবা।

وَإِذَا تُتْلَىٰ عَلَيْهِمْ آيَاتُنَا بَيِّنَاتٍ ۙ قَالَ الَّذِينَ لَا يَرْجُونَ لِقَاءَنَا ائْتِ بِقُرْآنٍ غَيْرِ هَٰذَا أَوْ بَدِّلْهُ ۚ قُلْ مَا يَكُونُ لِي أَنْ أُبَدِّلَهُ مِنْ تِلْقَاءِ نَفْسِي ۖ إِنْ أَتَّبِعُ إِلَّا مَا يُوحَىٰ إِلَيَّ ۖ إِنِّي أَخَافُ إِنْ عَصَيْتُ رَبِّي عَذَابَ يَوْمٍ عَظِيمٍ ﴿١٥﴾

১৬। অদুগা ঐখোইগী তশেংবা পাওজেলশিং থীথদুনা তাহনবদা মখোইদা, ঐখোইগা উনরোই হায়না রাখল তৌবশিং মখোইনা হায়ঃ "পুরকও কুরআন অমা মসি নত্ত্রবা নত্ত্রগা ওথোকও মসি।" হায়যু (মখোইদা,)ঃ "ঐনা খুশী তৌদুনা মদু হেক ওনবা য়াদে। ঐনা ইনজে ঐঙোন্দা ফোংদোক-পিরকপা অদুতা। ঐনা তশেংনমক কিজে, ঐগী মপুনা হায়বা ঐনা ইন্দ্রবদি, রায়েল-চৈরাক ফংগদ্রা হায়না অচৌবা নুমিৎ অমগী।"

قُلْ لَوْ شَاءَ اللَّهُ مَا تَلَوْتُهُ عَلَيْكُمْ وَلَا أَدْرَاكُمْ بِهِ ۖ فَقَدْ لَبِثْتُ فِيكُمْ عُمُرًا مِنْ قَبْلِهِ ۚ أَفَلَا تَعْقِلُونَ ﴿١٦﴾

১৭। হায়যু (মখোইদা)ঃ "অল্লাহনা করিগুম্বা নীংলমলবদি, ঐনা থীথদুনা তাহল্লমলোই মদু নখোইদা নত্ত্রগা মহাকনা খঙহনবিরমলোই মদু নাখোইদা। তশেংবমক ঐ লৈরমগে নাখোইগী নরক্তা পুন্সি (মপুন) অমা নমাংদা মসিগী। নখোইবু ইখঙ-খঙদ্রব্রা?"

فَمَنْ أَظْلَمُ مِمَّنِ افْتَرَىٰ عَلَى اللَّهِ كَذِبًا أَوْ كَذَّبَ بِآيَاتِهِ ۚ إِنَّهُ لَا يُفْلِحُ الْمُجْرِمُونَ ﴿١٧﴾

১৮। কনানো মঙোন্দগী হেল্লা চুমদবা মহাকনা মীনম-লাং থাকই অল্লাহগী নায়োক্তা অমসুং মীনম্বা হায়জিল্লি মহাক্কী পাওজেলশিংদা? তশেংবমক মরাল লৈরবশিং কদৌঙেদসু চাওখৎলোই।

وَيَعْبُدُونَ مِنْ دُونِ اللَّهِ مَا لَا يَضُرُّهُمْ وَلَا يَنْفَعُهُمْ وَيَقُولُونَ هَٰؤُلَاءِ شُفَعَاؤُنَا عِنْدَ اللَّهِ ۚ قُلْ أَتُنَبِّئُونَ اللَّهَ بِمَا لَا يَعْلَمُ فِي السَّمَاوَاتِ وَلَا فِي الْأَرْضِ ۚ سُبْحَانَهُ وَتَعَالَىٰ عَمَّا يُشْرِكُونَ ﴿١٨﴾

১৯। অদুগা মখোইনা ঈরাৎ পুজা তৌই, অল্লাহগী মহুত্তা, মখোইবু কান্নহনবসু ঙমদবা নত্ত্রগা মাঙহনবসু ঙমদবা অদুবু; অমসুং মখোইনা হায়ঃ "মখোইসি ঐখোইগী তাইনবিবশিংনি অল্লাহদা।" হায়যু (মখোইদা)ঃ "নখোই খঙহনবা ঙমগদ্রা অল্লাহদা করিগুম্বা অমতং মহাকনা খঙদবা আসমানদা নত্ত্রগা পৃথিবীদা?" মহাক্কী মতিক মঙাল ঙাংথোইবা ওইসনু! অমসুং থাক য়াম্না রাংনা লৈখ্রবনি মহাক্তি মখোইনা থৈজিল্লিবা অদুদগী (মঙোন্দা)।

وَمَا كَانَ النَّاسُ إِلَّا أُمَّةً وَاحِدَةً فَاخْتَلَفُوا ۚ وَلَوْلَا

২০। অদুগা তাইবঙ মীওইবা পুম্নমক (হান্না) জাতি অমতা ওইরুম্মী, অদুগী তুংদা মখোই (মশেল মরক্তা) তোখায় খায়দোক্লখি; অমসুং

كَلِمَةٌ سَبَقَتْ مِن رَّبِّكَ لَقُضِيَ بَيْنَهُمْ فِيمَا فِيهِ يَخْتَلِفُونَ ⑲

রাহে অমা (মতম খরা য়েথোকপগী) হান্না থোকখিরমদ্রবদি নংগী মপুদগী, শোয়দনমক রাথোক অদু রারেপ্পিরমগনি মখোইগী মরক্তা (মমাং কয়াদা)মখোইনা য়ানদবা রাফম অদুগী মরমদা।

وَيَقُولُونَ لَوْلَا أُنزِلَ عَلَيْهِ آيَةٌ مِّن رَّبِّهِ ۖ فَقُلْ إِنَّمَا الْغَيْبُ لِلَّهِ فَانتَظِرُوا إِنِّي مَعَكُم مِّنَ الْمُنتَظِرِينَ ⑳

২১। মখোইনা হায়ঃ "করি মরমগী থাবিরক্তবগে খুদম অমতা মঙোন্দা মহাক্কী মপুদগী?" হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "উদবগী রাদি অল্লাহতগীনি, মরম অদুনা ঙাইয়ু (নখোই); ঐসু ঙাইরিএ নখোইগা লোয়ননা।"

৩ শুবা রুকূ

وَإِذَا أَذَقْنَا النَّاسَ رَحْمَةً مِّن بَعْدِ ضَرَّاءَ مَسَّتْهُمْ إِذَا لَهُم مَّكْرٌ فِي آيَاتِنَا ۚ قُلِ اللَّهُ أَسْرَعُ مَكْرًا ۚ إِنَّ رُسُلَنَا يَكْتُبُونَ مَا تَمْكُرُونَ ㉑

২২। অদুগা ঐখোইনা মহাউ তংহনবদা মীওইবশিংবু ঐখোইগী থৌজাল মখোইবু অরাবনা লাকহৎপিখ্রবা মতুংদা, য়েংউ! মখোইনা হৌই (ফত্তবা) থৌরাং তৌবা ঐখোইগী পাওজেন শিংগী মায়োক্তা। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ অল্লাহদি য়াম্না থুবনি থৌরাং তৌবদা।" ঐখোইগী দূতশিংনা তশেংবমক ইশিল্লি নখোইনা তৌবা থৌরাংশিং।

هُوَ الَّذِي يُسَيِّرُكُمْ فِي الْبَرِّ وَالْبَحْرِ ۖ حَتَّىٰ إِذَا كُنتُمْ فِي الْفُلْكِ وَجَرَيْنَ بِهِم بِرِيحٍ طَيِّبَةٍ وَفَرِحُوا بِهَا جَاءَتْهَا رِيحٌ عَاصِفٌ وَجَاءَهُمُ الْمَوْجُ مِن كُلِّ مَكَانٍ وَظَنُّوا أَنَّهُمْ أُحِيطَ بِهِمْ ۙ دَعَوُا اللَّهَ مُخْلِصِينَ لَهُ الدِّينَ لَئِنْ أَنجَيْتَنَا مِنْ هَٰذِهِ لَنَكُونَنَّ مِنَ الشَّاكِرِينَ ㉒

২৩। মহাকননি কোয়হল্লিবা নখোইবু কংফান্দা অমসুং সমুদ্র ঈপাক্তা অসি য়ৌবফাওবা মদুদি নখোইনা জাহাজ তোংলবদা অমসুং মখোইনা হোল্লবদা (অতোংবশিং) মখোইগা লোয়ননা নামিবা নুংশিৎকী নুংঙাইবা শহুমদা অমসুং মদুদা মখোইনা হরাওরবদা, অকনবা নোংলৈ নুংশিংনা (খঙহৌদনা) তাহৎলি মখোইবু (জাহাজশিংবু) অমসুং ঈথকশিং ফুজিল্লকই মখোইদা মায়কৈ খুদিংদগী অমসুং মখোইনা খল্লি মখোইবু পুংকোয়-কোয়শনবিরগনি হায়না, মতমদুদা মখোইনা (অরাবনা য়েহত্তুনা)

কৌই অল্লাহবু পুকচেন শেংনা ময়াথং ইন্দুনা (অসি হায়দুনা)ঃ "নহাকনা কনবিরবদি ঐখোইবু (তুজুং-মিপাইনরিবা) অসিদগী, ঐখোই শোয়দনমক ওইজগনি তৌবিমল খঙবা।"

২৪। তৌইগুম্বসুং মহাকনা কনবিখ্রবদা মখোইবু য়েংউ মখোইনা হৌই লমকেৎ লমহাইবা মালেমদা ইচুম-চুমদনা। হে মীওইবশিং নখোইনা কা হেন্দোকলিরদু নখোই নশামক্কী মায়োকদনি। (খঙঙু) তাইবঙ পুন্সিগী নুংঙাইবসি মতম খরতগীনি; মসিগী মতুংদা নখোই হল্লক্কনি ঐখোইগী ইনাক্তা ঃ মতমদুদা ঐখোইনা খঙহনবিগনি নখোইদা (থবক) পুম্নমক নখোইনা তৌরম্বদু।

فَلَمَّآ اَنۡجٰهُمۡ اِذَا هُمۡ يَبۡغُوۡنَ فِى الۡاَرۡضِ بِغَيۡرِ الۡحَقِّ ؕ يٰۤاَيُّهَا النَّاسُ اِنَّمَا بَغۡيُكُمۡ عَلٰٓى اَنۡفُسِكُمۡ ۙ مَّتَاعَ الۡحَيٰوةِ الدُّنۡيَا ثُمَّ اِلَيۡنَا مَرۡجِعُكُمۡ فَنُنَبِّئُكُمۡ بِمَا كُنۡتُمۡ تَعۡمَلُوۡنَ ۝٢٣

২৫। তাইবঙ পুন্সিগী পান্দমদি লাইজা ঈশিংগুম্বনি মদু ঐখোইনা তাহল্লি কোরৌ নোংমদোল্লগী অদুনা নোংবাল লাংবা লৈবাক্তা মনা-মশিং মী অমসুং শা-ষণশিংনা চাবা লৈহৌ পেল্লা হৌরকই—অসি য়ৌবফাওবা মদুদি পাম্বিশিং গে-গে ইনখৎলকপদা লেক-লেক লাউনা ফজনা মালেমগী ফিজেৎ লৈতেং ওই, অমসুং লম মপুশিংনা খল্লি মখোইনা মপু ওইজরে হায়না মদুগী, অদুদা (খঙহৌদনা) ঐখোইগী হুকুম লাকলবদা অহিংদা নত্রগা নুংথিলদা, মতমদুদা ঐখোইনা ওইহল্লি মদুবু শজিক ফানখ্রবা লৌফমগুম, করিমতা হৌরমদবগুম মদুগী মথক্তা মমাংগী নুমিত্তা। অসুম্না ঐখোইনা তশেং-তশেংহনবি (ঐখোইগী) পাওজেনশিং ধ্যান তৌবা মীশিংগীদমক্তা।

اِنَّمَا مَثَلُ الۡحَيٰوةِ الدُّنۡيَا كَمَآءٍ اَنۡزَلۡنٰهُ مِنَ السَّمَآءِ فَاخۡتَلَطَ بِهٖ نَبَاتُ الۡاَرۡضِ مِمَّا يَاۡكُلُ النَّاسُ وَ الۡاَنۡعَامُ ؕ حَتّٰٓى اِذَاۤ اَخَذَتِ الۡاَرۡضُ زُخۡرُفَهَا وَ ازَّيَّنَتۡ وَظَنَّ اَهۡلُهَاۤ اَنَّهُمۡ قٰدِرُوۡنَ عَلَيۡهَاۤ ۙ اَتٰٮهَاۤ اَمۡرُنَا لَيۡلًا اَوۡ نَهَارًا فَجَعَلۡنٰهَا حَصِيۡدًا كَاَنۡ لَّمۡ تَغۡنَ بِالۡاَمۡسِ ؕ كَذٰلِكَ نُفَصِّلُ الۡاٰيٰتِ لِقَوۡمٍ يَّتَفَكَّرُوۡنَ ۝٢٤

২৬। অদুগা অল্লাহনা কৌরি (নখোইবু) অঙৈংবগী মফমদা অমসুং লমজিংবি মহাকনা চানবিবা (মতিকচাবা) শিংবু অচুম্বা লম্বীদা।

وَاللّٰهُ يَدۡعُوۡۤا اِلٰى دَارِ السَّلٰمِ ؕ وَيَهۡدِىۡ مَنۡ يَّشَآءُ اِلٰى صِرَاطٍ مُّسۡتَقِيۡمٍ ۝٢٥

২৭। অফবা লম্বীনবশিংগী লৈ অফবা (মনা-মথিন) অমসুং (শরুক য়াম্না) হেন্না পীনিঙঙাইহনি অল্লাহগী থৌজালদগী অদুগা মুশিন কাশিনবা নত্রগা ঈকাইবনা কুপশিল্লোই মখোইগী মমায়শিং। মখোইসি মরূপশিংনি স্বর্গ লৈকোনগী; মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগনি (লোম্বা নাইদনা)।

لِلَّذِيۡنَ اَحۡسَنُوا الۡحُسۡنٰى وَزِيَادَةٌ ؕ وَلَا يَرۡهَقُ وُجُوۡهَهُمۡ قَتَرٌ وَّلَا ذِلَّةٌ ؕ اُولٰٓـئِكَ اَصۡحٰبُ الۡجَـنَّةِ ۚ هُمۡ فِيۡهَا خٰلِدُوۡنَ ۝٢٦

২৮। অদুগা ফত্তরম লম্বীনবশিংদো, ফত্তবগী রায়েল-চৈরাকদি মদুগা মান্নবা (ফত্তব) নি, অমসুং ঈকাইবনা কুপশিনগনি মখোইবু। মখোইগী লৈরোই কনামতা কনবিনবা মখোইবু অল্লাহদগী; মখোইগী চেংলৌ মমায়শিং কুপশনবগুম ওইগনি শুক্না অমম্বা অহিংগী মচেৎ অমনা। মখোইসি মরূপশিংনি থাম্বি মৈগী, মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগনি।

وَالَّذِينَ كَسَبُوا السَّيِّئَاتِ جَزَاءُ سَيِّئَةٍ بِمِثْلِهَا وَتَرْهَقُهُمْ ذِلَّةٌ ۖ مَا لَهُم مِّنَ اللَّهِ مِنْ عَاصِمٍ ۖ كَأَنَّمَا أُغْشِيَتْ وُجُوهُهُمْ قِطَعًا مِّنَ اللَّيْلِ مُظْلِمًا ۚ أُولَٰئِكَ أَصْحَابُ النَّارِ ۖ هُمْ فِيهَا خَالِدُونَ ﴿٢٧﴾

২৯। অদুগা (নীংশিঙঙ্গু কিয়ামত) নুমিৎ অদুদা ঐখোইনা পুম্নমক্না খোমজিনবিগনি মখোইবু, অদুগী তুংদা ঐখোইনা হায়বিগনি (ঐখোইগী) শরুক য়ামিন্নবা (লাই) শিং লৈ হায়জিল্লম্বা মখোইদুদাঃ "লৈয়ু নংগী নংগী নফমদা, নখোই অমসুং নখোইগী খোয়ম লাইশিং।" অদুগী তুংদা ঐখোইনা খায়দোকপিগনি মখোই অমবু অমদগী, অমসুং মখোইগী তিন্নবা লাইশিংনা হায়গনি (মখোইদা)ঃ "নখোইনা ঈরাৎ পূজা তৌখিদে ঐখোইবু।"

وَيَوْمَ نَحْشُرُهُمْ جَمِيعًا ثُمَّ نَقُولُ لِلَّذِينَ أَشْرَكُوا مَكَانَكُمْ أَنتُمْ وَشُرَكَاؤُكُمْ ۚ فَزَيَّلْنَا بَيْنَهُمْ ۖ وَقَالَ شُرَكَاؤُهُم مَّا كُنتُمْ إِيَّانَا تَعْبُدُونَ ﴿٢٨﴾

৩০। "মরম অদুনা অল্লাহনা ওকলে সাক্ষী ওইবদা ঐখোই অমসুং নখোইগী মরক্তা (রাফম অসিগী) অদুনা ঐখোই তশেংনমক খঙখিদে নখোইনা ঈরাৎ পূজা তৌখি হায়বা (ঐখোইবু)।"

فَكَفَىٰ بِاللَّهِ شَهِيدًا بَيْنَنَا وَبَيْنَكُمْ إِن كُنَّا عَنْ عِبَادَتِكُمْ لَغَافِلِينَ ﴿٢٩﴾

৩১। মফম অদুদা থরাই খুদিংনা খঙগনি (মহৈশিং) মানা-মানা মমাংদা থাজখিবা (থবকশিং) গী অমসুং মখোই পুম্নমক পুরক্কনি অল্লাহদা, মখোইগী অচুম্বা মপুদা, অমসুং মখোইনা শেরান-তুরান হায়জিল্লম্বা (তিন্নবা লাইশিং) অদু চাইথোকখিগনি মখোইদগী।

هُنَالِكَ تَبْلُو كُلُّ نَفْسٍ مَّا أَسْلَفَتْ ۚ وَرُدُّوا إِلَى اللَّهِ مَوْلَاهُمُ الْحَقِّ ۖ وَضَلَّ عَنْهُم مَّا كَانُوا يَفْتَرُونَ ﴿٣٠﴾ ع

৪ শুবা রুকূ

৩২। হায়যু (মখোইদা)ঃ "কনানা পীবগে চিঞ্জাক নখোইদা আসমান অমসুং পৃথিবীদগী? নত্ত্রগা কনানা মপু ওইবগে তাবগী অমসুং উবগী?

قُلْ مَن يَرْزُقُكُم مِّنَ السَّمَاءِ وَالْأَرْضِ أَمَّن يَمْلِكُ

السَّمْعَ وَالْاَبْصَارَ وَمَنْ يُّخْرِجُ الْحَيَّ مِنَ الْمَيِّتِ وَيُخْرِجُ الْمَيِّتَ مِنَ الْحَيِّ وَمَنْ يُّدَبِّرُ الْاَمْرَ ۗ فَسَيَقُوْلُوْنَ اللّٰهُ ۚ فَقُلْ اَفَلَا تَتَّقُوْنَ ۝٣١

অদুগা কনানা থোকহল্লিবা অহিংববু অশিবদগী অমসুং থোকহল্লিবা অশিববু অহিংবদগী? অদুগা কনানা থৌরাংলিবা (সংসার পানবগী) থবক পুম্নমক?" মখোইনা পাওখুমগনি: "অল্লাহনা।" মরম অদুনা হায়য়ু: "নখোইবু ভক্তি তৌরোইদ্রা (মহাকপু)?"

فَذٰلِكُمُ اللّٰهُ رَبُّكُمُ الْحَقُّ ۚ فَمَاذَا بَعْدَ الْحَقِّ اِلَّا الضَّلٰلُ ۚ فَاَنّٰى تُصْرَفُوْنَ ۝٣٢

৩৩। অসিগুম্বনি অল্লাহ, নখোইগী অচুম্বা মপুদো। মরম অদুনা অচুম্বা (থাদোকখ্রব) গী মতুংদা করি লৈরি অরানবা নত্তনা? করম্না নখোই নমায় ওথোকলিবনো (অচুম্বদগী)?

كَذٰلِكَ حَقَّتْ كَلِمَتُ رَبِّكَ عَلَى الَّذِيْنَ فَسَقُوْٓا اَنَّهُمْ لَا يُؤْمِنُوْنَ ۝٣٣

৩৪। অসুম্না নংগী মপুগী ৱাহে চুমই হায়না প্রমাণ ওই কা হেন্দোকপশিংগী মথক্তা, অদুনা মখোই অচুম্বা থাজদে।

قُلْ هَلْ مِنْ شُرَكَآئِكُمْ مَّنْ يَّبْدَؤُا الْخَلْقَ ثُمَّ يُعِيْدُهٗ ۗ قُلِ اللّٰهُ يَبْدَؤُا الْخَلْقَ ثُمَّ يُعِيْدُهٗ فَاَنّٰى تُؤْفَكُوْنَ ۝٣٤

৩৫। হায়য়ু (মখোইদা): "নখোইগী তিন্নবা লাইশিংগী মরক্তা কনাগুম্বনা ঙম্বরা লৈশেম-নুংশেম্বা জীবশিংবু অমসুং অমুকহন্না পুথোকপা মদু?" হায়য়ু (নশামক্তা পাওখুমদুনা): "অল্লাহতনা লৈশেম-নুংশেমই জীবশিংবু অমসুং অমুকহন্না পুথোকই মদু। করম্বা ফিবমদা নখোই নমায় ওথোকলিবা (মঙোন্দগী)?"

قُلْ هَلْ مِنْ شُرَكَآئِكُمْ مَّنْ يَّهْدِيْٓ اِلَى الْحَقِّ ۗ قُلِ اللّٰهُ يَهْدِيْ لِلْحَقِّ ۗ اَفَمَنْ يَّهْدِيْٓ اِلَى الْحَقِّ اَحَقُّ اَنْ يُّتَّبَعَ اَمَّنْ لَّا يَهِدِّيْٓ اِلَّآ اَنْ يُّهْدٰى ۚ فَمَا لَكُمْ ۗ كَيْفَ تَحْكُمُوْنَ ۝٣٥

৩৬। (অমুকহন্না) হায়য়ু (মখোইদা): "নখোইগী করম্বা তিন্নবা লাইশিংনা ঙম্বগে লমজিংবা অচুম্বদা?" হায়য়ু (নশামক্তা পাওখুমদুনা): "অল্লাহতনা লমজিংই অচুম্বদা। অচুম্বদা লমজিংবা মহাক্কী মতুং ইনবনা হেন্না মতিকচাব্রা নত্রগা মশামক্কী লম্বী ফংদবা মী মহাকপু লমজিংবিবা নত্রবদি (মহাক্কী মতুং ইনফম থোকপ্রা)? করিনো নখোইনা তৌরিবা অসিবু? করম্না নখোই ৱা লেপ্পগে?"

وَمَا يَتَّبِعُ اَكْثَرُهُمْ اِلَّا ظَنًّا ۗ اِنَّ الظَّنَّ لَا يُغْنِيْ

৩৭। অদুগা মখোই অয়াম্বনা তুং ইন্দে করিমতগী ভাবনা শাবা নত্তনা। তশেংবমক ভাবনা শাবনা কান্নবা করিসু ওইদে অচুম্বগী মায়োক্তা।

مِنَ الْحَقِّ شَيْئًا ۗ اِنَّ اللّٰهَ عَلِيْمٌۢ بِمَا يَفْعَلُوْنَ ۝

থাঙ্গৈশেংবমক. অল্লাহনা মুন্না খঙই মখোইনা তৌবদু।

وَمَا كَانَ هٰذَا الْقُرْاٰنُ اَنْ يُّفْتَرٰى مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ وَلٰكِنْ تَصْدِيْقَ الَّذِيْ بَيْنَ يَدَيْهِ وَتَفْصِيْلَ الْكِتٰبِ لَا رَيْبَ فِيْهِ مِنْ رَّبِّ الْعٰلَمِيْنَ ۝

৩৮। অদুগা কুরআনসি কনামতনা পুথোকপা ঙমদে অল্লাহ নত্তনা। তৌইগুম্বসুং মসিনা চুমই হায়না প্রমাণ পী মাগী মমাংদা লৈরম্বা (কিতাব) শিংগী অমসুং ব্যাখ্যানি (মমাংগী) কিতাবশিংগী—মসিদা চিংননিঙঙাই করিসু লৈতে। মসি সংসার পুম্নমক্কী মপুগী মায়কৈদগীনি।

اَمْ يَقُوْلُوْنَ افْتَرٰىهُ ۗ قُلْ فَاْتُوْا بِسُوْرَةٍ مِّثْلِهٖ وَادْعُوْا مَنِ اسْتَطَعْتُمْ مِّنْ دُوْنِ اللّٰهِ اِنْ كُنْتُمْ صٰدِقِيْنَ ۝

৩৯। মখোইনা হায়ব্রাঃ "মহাকনা জাল তৌখিবনি মসি?" (নং) হায়য়ু (মখোইদা শীঙনদুনা)ঃ "পুথোকচরকওসূরহ অমতং মসিগা মান্নবা, অমসুং কৌশিল্লু (নখোইবু তেংবাং-বিনবগী) নখোইনা ঙম্বমখে অল্লাহ নত্তনা, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।

بَلْ كَذَّبُوْا بِمَا لَمْ يُحِيْطُوْا بِعِلْمِهٖ وَلَمَّا يَاْتِهِمْ تَاْوِيْلُهٗ ۗ كَذٰلِكَ كَذَّبَ الَّذِيْنَ مِنْ قَبْلِهِمْ فَانْظُرْ كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الظّٰلِمِيْنَ ۝

৪০। নত্তে, মখোইনা য়াখিদে মদু, মদুগী জ্ঞান মখোইনা ফংখিদে অমসুং মখোইগী তুং-তাবা মহৈ হৌজিক ফাওবা লাকখিদরি মখোইদা। অসুম্না মখোইগী মমাংদা লৈরম্বশিংনসু য়াখিদে (অচুম্বা)। মরমদুনা য়েংউ! করি পোল্লোই থোকখিবা অরানবা লম্বীনখিবশিং!

وَمِنْهُمْ مَّنْ يُّؤْمِنُ بِهٖ وَمِنْهُمْ مَّنْ لَّا يُؤْمِنُ بِهٖ ۗ وَرَبُّكَ اَعْلَمُ بِالْمُفْسِدِيْنَ ۝

৪১। অদুগা মখোইগী মরক্তা খরনা থাজে মদুদা অমসুং অতোপ্পা খরনা থাজদে মদুদা; অমসুং নংগী মপুনা মুন্না খঙই ফত্তনবা শীনবশিংবু

৫ শুবা রুকূ

وَاِنْ كَذَّبُوْكَ فَقُلْ لِّيْ عَمَلِيْ وَلَكُمْ عَمَلُكُمْ ۚ اَنْتُمْ بَرِيْٓـُٔوْنَ مِمَّآ اَعْمَلُ وَاَنَا بَرِيْٓءٌ مِّمَّا تَعْمَلُوْنَ ۝

৪২। অদুগা মখোইনা য়াদ্রবদি নংবু, হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "ঐনা তৌবনা ঐগীনি অমসুং নখোইনা তৌবনা নখোইগীনি। নখোইনা দায়ী পুফম থোক্তে ঐনা তৌবগী অমসুং ঐনা দায়ী পুফম থোক্তে নখোইনা তৌবগী।"

وَمِنْهُمْ مَّنْ يَّسْتَمِعُوْنَ اِلَيْكَ ۗ اَفَاَنْتَ تُسْمِعُ الصُّمَّ

৪৩। অদুগা মখোইগী মরক্তা খরনা (মনা থাংগত্তুনা) তাই নংনা হায়বদা (মপুকনিংদি

চঙদনা)। তৌইগুম্বসুং নংনা ঙমগদরা তাহনবা নাপঙববু, মখোইনা খঙদ্রবসু?

وَلَوْ كَانُوا لَا يَعْقِلُونَ ٤٢

৪৪। অদুগা মখোইগী মরক্তা খরনা য়েংই নংঙোন্দা তৌইগুম্বসুং নংনা ঙমগদ্রা লমজিংবা মমিৎ তাংলবশিংবু মখোইনা করিসু উদবদা (অমসুং খঙদবদা)?

وَمِنْهُم مَّن يَنظُرُ إِلَيْكَ ۚ أَفَأَنتَ تَهْدِي الْعُمْيَ وَلَوْ كَانُوا لَا يُبْصِرُونَ ٤٣

৪৫। তশেংবমক, অল্লাহনা তৌবিদে অরানবা করিমতা মীওইবশিংদা, তৌইগুম্বসুং মীশিংনা (অরানবা লম্বীনদুনা) তৌজে অরানবা মশামক্তদা।

إِنَّ اللَّهَ لَا يَظْلِمُ النَّاسَ شَيْئًا وَلَٰكِنَّ النَّاسَ أَنفُسَهُمْ يَظْلِمُونَ ٤٤

৪৬। অদুগা (কিয়ামত) নুমিৎ অদুদা মহাকনা পুল্লপ্লাখোমজিনবিগনি মখোইবু, (অদুদা মখোই সংসারগী রাখলনা উগনি) মখোই নৈরমদে সংসারদা পুংজা অমা নত্তনা নুমিৎ অমগী। মখোই মশেল অমগা অমগা শকখঙনগনি। তশেংবমক, মাঙজরবনি অল্লাহগা উনগনি হায়বা য়ারমদবা অমসুং (অচুম্বা) লমজিং ইনখিদবা মখোইদু।

وَيَوْمَ يَحْشُرُهُمْ كَأَن لَّمْ يَلْبَثُوا إِلَّا سَاعَةً مِّنَ النَّهَارِ يَتَعَارَفُونَ بَيْنَهُمْ ۚ قَدْ خَسِرَ الَّذِينَ كَذَّبُوا بِلِقَاءِ اللَّهِ وَمَا كَانُوا مُهْتَدِينَ ٤٥

৪৭। অদুগা ঐখোইনা উহল্লবসু নংবু শরুক খরা (রায়েল-চৈরাক্কী) ঐখোইনা রাশক তৌখিবদু মখোইদা, নত্তগা ঐখোইনা শিহল্লবসু নংবু (মদুগী মমাংদা), অদুম ওইনমক মখোই (শোয়দনমক) হল্লক্কনি ঐখোইদা, অমসুং নংনা উগনি ঐখোইনা দণ্ড পীবা মখোইবু, মরমদুনা অল্লাহনা সাক্ষীনি মখোইনা তৌবা পুম্নমক্কী।

وَإِمَّا نُرِيَنَّكَ بَعْضَ الَّذِي نَعِدُهُمْ أَوْ نَتَوَفَّيَنَّكَ فَإِلَيْنَا مَرْجِعُهُمْ ثُمَّ اللَّهُ شَهِيدٌ عَلَىٰ مَا يَفْعَلُونَ ٤٦

৪৮। অদুগা জাতি খুদিংগী নৈ রসুল অমমম। মরমদুনা মখোইগী রসুলশিং লাকপদা, বিচার তৌবি মখোইগী মরক্তা, অমসুং মখোইবু লান্না থক তৌবিদে (মখোইবু চৈরাক পীবদা)।

وَلِكُلِّ أُمَّةٍ رَّسُولٌ ۖ فَإِذَا جَاءَ رَسُولُهُمْ قُضِيَ بَيْنَهُم بِالْقِسْطِ وَهُمْ لَا يُظْلَمُونَ ٤٧

৪৯। অদুগা মখোইনা (করেম্নদুনা) হায়ঃ "করম্বা মতমদা রাশকসি (পাংথোক্কদৌরিবা), নখোইনা অচুম্বা ওইরবদি?"

وَيَقُولُونَ مَتَىٰ هَٰذَا الْوَعْدُ إِن كُنتُمْ صَادِقِينَ ٤٨

قُلْ لَّآ اَمْلِكُ لِنَفْسِيْ ضَرًّا وَّلَا نَفْعًا اِلَّا مَا شَآءَ اللّٰهُ ۗ لِكُلِّ اُمَّةٍ اَجَلٌ ۚ اِذَا جَآءَ اَجَلُهُمْ فَلَا يَسْتَاْخِرُوْنَ سَاعَةً وَّلَا يَسْتَقْدِمُوْنَ ﴿٥٠﴾

৫০। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "ঐগী ইতিক লৈতে ইশাগী অমাঙবা (থিংনবগী) নত্ত্রগা কান্নবা (তান্নবগী), অল্লাহনা তৌনীংবা নত্তনা। জাতি খুদিংগী অরেম্পা মতম অমা লৈ। মখোইগী (লেপখিবা) মতম লাকলবদা মখোইনা ঙমলোই পন্থবা মিৎকুপ অমা নত্ত্রগা ঙমলোই মখোইনা মাং থাবা মদুগী।

قُلْ اَرَءَيْتُمْ اِنْ اَتٰىكُمْ عَذَابُهٗ بَيَاتًا اَوْ نَهَارًا مَّاذَا يَسْتَعْجِلُ مِنْهُ الْمُجْرِمُوْنَ ﴿٥١﴾

৫১। হায়য়ু (অমুকহন্না) ঃ "তাকও ঐঙোন্দা, অল্লাহগী রায়েল-চৈরাক লাকলবদি নখোইদা অহিং তাংলৌদা নত্ত্রগা নুংথিল পোবোপ্তা, করম্না মরাল লৈরবশিংনা চেনগনি মদুদগী?

اَثُمَّ اِذَا مَا وَقَعَ اٰمَنْتُمْ بِهٖ ۗ آٰلْـٰٔنَ وَقَدْ كُنْتُمْ بِهٖ تَسْتَعْجِلُوْنَ ﴿٥٢﴾

৫২। মদুনা থংফা ফারবদা নখোইবু, নখোইনা থাজগদ্রা মদু? করি! হৌজিক (নখোই থাজরব্রা?) অসিগী মমাংদা নখোইনা থুনা থোকহন্নবা হায়খিদকো!

ثُمَّ قِيْلَ لِلَّذِيْنَ ظَلَمُوْا ذُوْقُوْا عَذَابَ الْخُلْدِ ۚ هَلْ تُجْزَوْنَ اِلَّا بِمَا كُنْتُمْ تَكْسِبُوْنَ ﴿٥٣﴾

৫৩। মসিগী মতুংদা হায়বিগনি অরানবা লম্বীনরম্বা মখোইদা ঃ "তংঙু মহাউ রায়েল-চৈরাক লোম্বা লৈতবগী ; নখোইবু লমল শিংবিদে নখোইনা কমায়খিবগী নত্তনা।"

وَيَسْتَنْۢبِـُٔوْنَكَ اَحَقٌّ هُوَ ۗ قُلْ اِيْ وَرَبِّيْٓ اِنَّهٗ لَحَقٌّ ۗ وَمَآ اَنْتُمْ بِمُعْجِزِيْنَ ﴿٥٤﴾ ع

৫৪। অদুগা মখোইনা হং-থিরি নংঙোন্দা (অসি হায়দুনা) ঃ "মদু অচুম্বা?" (নং) হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "হোই, ঐগী মপুগী কসম! তশেংবমক মসি তশেংবা অচুম্বনি ; অমসুং নখোই ঙম্মরোই অরেম্বদা তাহনবা মসি।

৬ শুবা রুকূ

وَلَوْ اَنَّ لِكُلِّ نَفْسٍ ظَلَمَتْ مَا فِي الْاَرْضِ لَافْتَدَتْ بِهٖ ۗ وَاَسَرُّوا النَّدَامَةَ لَمَّا رَاَوُا الْعَذَابَ ۚ وَقُضِيَ بَيْنَهُمْ بِالْقِسْطِ وَهُمْ لَا يُظْلَمُوْنَ ﴿٥٥﴾

৫৫। অদুগা অরানবা লম্বীনবা খুদিংমকনা মপু ওইরবদি পৃথিবীদা লৈবা পোৎ পুম্নমক্কী, মানা শোয়দনমক পীরমগনি মদু থাদোকমলঃ ওইনা (রায়েল-চৈরাক্তগী)। অদুগা মখোইনা লোৎশিনগনি মখোইগী নুংঙাইতবা মখোইনা উরবদা চৈরাক দণ্ডিদু। অদুগা রায়েল বিচার তৌবিগনি মখোইগী মরক্তা অচুম্বগা লোয়ননা অমসুং মখোইবু লান্না খক তৌবিরোই।

৫৬। খঙদব্রা নখোই! তশেংবমক অল্লাহগী ঙাকনি আসমান অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা-পুম্বা। খঙদব্রা নখোই! তশেংবমক অল্লাহগী ৱাশক্তি অচুম্বনি, তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা করিসু খঙদে।

أَلَآ إِنَّ لِلَّهِ مَا فِي ٱلسَّمَٰوَٰتِ وَٱلۡأَرۡضِۗ أَلَآ إِنَّ وَعۡدَ ٱللَّهِ حَقّٞ وَلَٰكِنَّ أَكۡثَرَهُمۡ لَا يَعۡلَمُونَ ٥٦

৫৭। মহাকনা হিংহল্লি অমসুং শিহল্লি, অমসুং মহাক্কী মায়কৈদা নখোই হনজিনগনি।

هُوَ يُحۡيِۦ وَيُمِيتُ وَإِلَيۡهِ تُرۡجَعُونَ ٥٧

৫৮। হে মীওইবশিং! তশেংবমক লাকখ্রবনি নখোইদা পাওতাক অমা নখোইগী মপুদগী অমসুং (মদু) শিন-হীদাকনি (অনাবা খুদিংগী) থম্মোইদা লৈবা, অমসুং লমজিংনি অমসুং ঙাকপিবনি অচুম্বা থাজবশিংদা।

يَٰٓأَيُّهَا ٱلنَّاسُ قَدۡ جَآءَتۡكُم مَّوۡعِظَةٞ مِّن رَّبِّكُمۡ وَشِفَآءٞ لِّمَا فِي ٱلصُّدُورِ وَهُدٗى وَرَحۡمَةٞ لِّلۡمُؤۡمِنِينَ ٥٨

৫৯। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "(পুম্নমকসি) অল্লাহগী থৌজালনি অমসুং মহাক্কী ঙাকপি-কনবিবনি, মরমদুনা মখোই হরাওজসনু মদুগী মনুংদা।" মসিনা হেন্না ফবনি মখোইনা পৈশল্লিবদগী।

قُلۡ بِفَضۡلِ ٱللَّهِ وَبِرَحۡمَتِهِۦ فَبِذَٰلِكَ فَلۡيَفۡرَحُواْ هُوَ خَيۡرٞ مِّمَّا يَجۡمَعُونَ ٥٩

৬০। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "নখোই উব্রা অল্লাহনা নখোইগীদমক থাবিরকখিবা চিঞ্জাক অদুগী মরক্তগী নখোইনা ওইহল্লি (খরবু) হরাম অমসুং (খরবু) হলাল?" হায়য়ু (অমুকহন্না)ঃ "অল্লাহনা ময়াথং পীব্রা নখোইদা (মদু তৌনবা) নত্রগা নখোইনা ওইদবা শাগৎপরা অল্লাহদা?"

قُلۡ أَرَءَيۡتُم مَّآ أَنزَلَ ٱللَّهُ لَكُم مِّن رِّزۡقٖ فَجَعَلۡتُم مِّنۡهُ حَرَامٗا وَحَلَٰلٗا قُلۡ ءَآللَّهُ أَذِنَ لَكُمۡۖ أَمۡ عَلَى ٱللَّهِ تَفۡتَرُونَ ٦٠

৬১। অদুগা অল্লাহদা ওইদবা শাগৎপা মখোইদু করি বল্লি কিয়ামতকী নুমিৎকী মরমদা? থাঙ্গৈশেংবমক, অল্লাহদি থৌজালবিহৈবনি তাইবঙ মীওইবশিংদা, তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা তৌবিমল খঙবা উত্তে।

وَمَا ظَنُّ ٱلَّذِينَ يَفۡتَرُونَ عَلَى ٱللَّهِ ٱلۡكَذِبَ يَوۡمَ ٱلۡقِيَٰمَةِۗ إِنَّ ٱللَّهَ لَذُو فَضۡلٍ عَلَى ٱلنَّاسِ وَلَٰكِنَّ أَكۡثَرَهُمۡ لَا يَشۡكُرُونَ ٦١ ع

৭ শুবা রুকূ

৬২। অদুগা নংনা তৌদে (শীন চঙবা) করিগুম্বা শীন অমত্তা নত্রগা নংনা থীথদে মদুগা মরী লৈনবা শরুক অমত্তা কুরআনগী, অমসুং (হে

وَمَا تَكُونُ فِي شَأۡنٖ وَمَا تَتۡلُواْ مِنۡهُ مِن قُرۡءَانٖ وَ

لَا تَعْمَلُونَ مِنْ عَمَلٍ إِلَّا كُنَّا عَلَيْكُمْ شُهُودًا إِذْ تُفِيضُونَ فِيهِ ۚ وَمَا يَعْزُبُ عَن رَّبِّكَ مِن مِّثْقَالِ ذَرَّةٍ فِي الْأَرْضِ وَلَا فِي السَّمَاءِ وَلَا أَصْغَرَ مِن ذَٰلِكَ وَلَا أَكْبَرَ إِلَّا فِي كِتَابٍ مُّبِينٍ ﴿٦١﴾

মীওইবশিং !) নখোইনা তৌদে করিগুম্বা থবক অমতা, তৌই গুম্বসুং ঐখোই সাক্ষীনি নখোইগী নথক্তা নখোইনা নপুকনিং থিংজন্না থৌ চঙবদা। অদুগা লোৎশিন্দুনা লৈতে নংগী মপুদগী উফুল মরীক অমগা মান্নবা পোৎ ফাওবা পৃথিবীদা অমসুং আসমান্দা, নত্ত্রগা মদুদগী হেন্না পিকপা নত্ত্রগা চাওবা (পুম্নমক) য়েকশিন্দুনা লৈ তশেং-তশেংবা কিতাব অমদা।

أَلَا إِنَّ أَوْلِيَاءَ اللَّهِ لَا خَوْفٌ عَلَيْهِمْ وَلَا هُمْ يَحْزَنُونَ ﴿٦٢﴾

৬৩। য়েংউ! অল্লাহগী মরূপশিং তশেংনমক কিনঙাই লৈতে নত্ত্রগা রানঙাইসু থোক্তে :

الَّذِينَ آمَنُوا وَكَانُوا يَتَّقُونَ ﴿٦٣﴾

৬৪। অচুম্বা থাজত্রবা অমসুং ধর্ম্ম কায়খিদবা মখোইদো—

لَهُمُ الْبُشْرَىٰ فِي الْحَيَاةِ الدُّنْيَا وَفِي الْآخِرَةِ ۚ لَا تَبْدِيلَ لِكَلِمَاتِ اللَّهِ ۚ ذَٰلِكَ هُوَ الْفَوْزُ الْعَظِيمُ ﴿٦٤﴾

৬৫। মখোইগীদমক্তি হরাওবা পাওজেন্নি হন্দক্কী মপোক্তা অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদসু। অল্লাহগী রাহৈদা অহোংবা করিসু লৈতে। মসি খ্বাইদগী হেন্না চাওবা জয়নি।

وَلَا يَحْزُنكَ قَوْلُهُمْ ۘ إِنَّ الْعِزَّةَ لِلَّهِ جَمِيعًا ۚ هُوَ السَّمِيعُ الْعَلِيمُ ﴿٦٥﴾

৬৬। মখোইনা (ইজ্জৎ য়েংদনা) ঙাঙ-শকপদা নং করিসু রাশিনগনু। তশেংবমক, শক্তি পুম্নমক অল্লাহগীনি। মহাক্তি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

أَلَا إِنَّ لِلَّهِ مَن فِي السَّمَاوَاتِ وَمَن فِي الْأَرْضِ ۗ وَمَا يَتَّبِعُ الَّذِينَ يَدْعُونَ مِن دُونِ اللَّهِ شُرَكَاءَ ۚ إِن يَتَّبِعُونَ إِلَّا الظَّنَّ وَإِنْ هُمْ إِلَّا يَخْرُصُونَ ﴿٦٦﴾

৬৭। য়েংউ! আসমানদা লৈরিবাপুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবাপুম্বা অল্লাহগীনি। অদুগা কনাগী মতুং ইনবগে অল্লাহ নত্তবা তিন্নবা লাইশিং লৈ হায়জিনবশিংদো ? মখোইনা তুংইল্লি মপুকনিংনা শাবগী অমসুং মখোই করিসু তৌদে ভাবনা শাবা নত্তনা।

هُوَ الَّذِي جَعَلَ لَكُمُ اللَّيْلَ لِتَسْكُنُوا فِيهِ وَالنَّهَارَ مُبْصِرًا ۚ إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَاتٍ لِّقَوْمٍ يَسْمَعُونَ ﴿٦٧﴾

৬৮। মহাকননি শেম্বিখিবা অহিংবু (অমম্বা) অদুনা নখোইনা পোত্থানবা মদুগী মনুংদা অমসুং নুংথিলবু ইঙান-ঙান্না (নখোইগী থবক-ইথাং নোম্নবগী)। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদমশিং (রাখল তৌনবগী) মুন্না তাবা মীশিংগী (মহাক্কী পাওজেন্দা)।

৬৯। মখোইনা হায়ঃ "অল্লাহনা লৌখ্রে মচা নিপা অমা (মহাকমক্কী ওইনা)।" মহাক্তি অশেংবনি! মহাক্তি মনীং তম্বনি। মহাক্কীঙাকনি আসমানদা লৈবসু অমসুং পৃথিবীদা লৈবসু। নখোইগী অধিকার করিসু লৈতে মসি (প্রমাণ তৌবা য়াব) গী করি! নখোইনা ঙাঙ-শকপরা অল্লাহগী মথক্তা নখোইনা করিসু খঙদবদা ?

قَالُوا اتَّخَذَ اللّٰهُ وَلَدًا سُبْحٰنَهٗ ؕ هُوَ الْغَنِيُّ ؕ لَهٗ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَمَا فِي الْاَرْضِ ؕ اِنْ عِنْدَكُمْ مِّنْ سُلْطٰنٍۭ بِهٰذَا ؕ اَتَقُوْلُوْنَ عَلَى اللّٰهِ مَا لَا تَعْلَمُوْنَ ﴿٦٩﴾

৭০। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "তশেংবমক মীনম্বা শাগৎপশিংদো অল্লাহগী মথক্তা কদৌনুংদসু মমায় পাকলোই।"

قُلْ اِنَّ الَّذِيْنَ يَفْتَرُوْنَ عَلَى اللّٰهِ الْكَذِبَ لَا يُفْلِحُوْنَ ﴿٧٠﴾

৭১। (মখোই তরানিদগী থোক্লবা) নুংঙাইবনি সংসার অসিদা। মসিগী মতুংদা মখোই হনজনগনি ঐখোইদা; মতমদুদা ঐখোইনা মহাউ তংহনবিগনি মখোইবু শাথীবা রায়েল-চৈরাক, মরমদি মখোই মশিঙ্গাং ওইনা লমফে-খোঙফম্নরম্মী।

مَتَاعٌ فِي الدُّنْيَا ثُمَّ اِلَيْنَا مَرْجِعُهُمْ ثُمَّ نُذِيْقُهُمُ الْعَذَابَ الشَّدِيْدَ بِمَا كَانُوْا يَكْفُرُوْنَ ﴿٧١﴾

৮ শুবা রুকূ

৭২। অদুগা লীবিয়ু মখোইদা নুহগী রারী। মহাকনা হায়বিখি মহাক্কী মীশিংদাঃ "হো ঐগী শীংলুপকী মীশিং! ঐনা (মতম খরদং) লেবনা নখোইগী মরক্তা অমসুং ঐনা পাওতাকপনা (নখোইদা) অল্লাহগী পাওজেনশিং অরাবা ওইহল্লবদি নখোইবু, ঐনা আশা তৌজে অল্লাহদা; মরমদুনা নখোইনা (ঐগী ইথক্তা) তৌনীংবা থবক তৌ (নপাঙ্গল অপুম্বা থেক্তোক্তুনা) অমসুং (পুল্লপ্লা কৌশল্লু) নখোইগী তিন্নবা লাইশিং (সু)। অদুগী তুংদা নখোইগী (তৌনীংবা) থবক্তা নিংজিং-মাংজিংনগনু, হেক্তমক পাংথোকও (নখোইগী অনীংবশিং) ঐগী ইথক্তা অমসুং মতম য়ৈথোক্কনু ঐঙোন্দা।

وَاتْلُ عَلَيْهِمْ نَبَاَ نُوْحٍ ۘ اِذْ قَالَ لِقَوْمِهٖ يٰقَوْمِ اِنْ كَانَ كَبُرَ عَلَيْكُمْ مَّقَامِيْ وَتَذْكِيْرِيْ بِاٰيٰتِ اللّٰهِ فَعَلَى اللّٰهِ تَوَكَّلْتُ فَاَجْمِعُوْۤا اَمْرَكُمْ وَشُرَكَآءَكُمْ ثُمَّ لَا يَكُنْ اَمْرُكُمْ عَلَيْكُمْ غُمَّةً ثُمَّ اقْضُوْۤا اِلَيَّ وَلَا تُنْظِرُوْنِ ﴿٧٢﴾

৭৩। অদুনা নখোইনা তুং হন্দোকলবদি (রাখল তৌ) ঐনা হায়দে নখোইদা পীয়ু মনা-মথুম (ঐনা ধর্ম্ম পাওতাকপগী)। ঐগী মনা মথুমদি ফংগনি

فَاِنْ تَوَلَّيْتُمْ فَمَا سَاَلْتُكُمْ مِّنْ اَجْرٍ ؕ اِنْ اَجْرِيَ اِلَّا

عَلَى اللّٰهِ ۙ وَاُمِرْتُ اَنْ اَكُوْنَ مِنَ الْمُسْلِمِيْنَ ﴿٧٢﴾

অল্লাহতদগী, অমসুং ঐবু য়াথংনবিখ্রে (মহাক্কী রায়েলদা) য়াবশিংগী মরক্তা (অমা) ওইয়ু হায়না।

فَكَذَّبُوْهُ فَنَجَّيْنٰهُ وَمَنْ مَّعَهٗ فِى الْفُلْكِ وَجَعَلْنٰهُمْ خَلٰٓئِفَ وَاَغْرَقْنَا الَّذِيْنَ كَذَّبُوْا بِاٰيٰتِنَا ۚ فَانْظُرْ كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الْمُنْذَرِيْنَ ﴿٧٣﴾

৭৪। তৌইগুম্বসুং মখোইনা য়াখিদে মহাকপু, মরম অদুনা ঐখোইনা কনবিখি মহাকপু অমসুং মহাক্কী লোয়নখিবশিংবু রাকয়ে হীজাওদা (অচৌবা ঈশিং ঈচাওদগী)। অদুগা ঐখোইনা ওইহনবিখি মখোইবু লৈঙাকপশিং (শিন্ত্রবশিংগী মরমদমদা) অমসুং ঐখোইনা ঈরাকশিনহনবিখি ঐখোইগী পাওজেনশিং (মঙক কন্দুনা) য়াখিদবশিংবু। মরমদুনা য়েংউ! করি পোল্লোই থোকখিবা চেকশন্নবা হায়বিখিবশিংদো!

ثُمَّ بَعَثْنَا مِنْۢ بَعْدِهٖ رُسُلًا اِلٰى قَوْمِهِمْ فَجَآءُوْهُمْ بِالْبَيِّنٰتِ فَمَا كَانُوْا لِيُؤْمِنُوْا بِمَا كَذَّبُوْا بِهٖ مِنْ قَبْلُ ۚ كَذٰلِكَ نَطْبَعُ عَلٰى قُلُوْبِ الْمُعْتَدِيْنَ ﴿٧٤﴾

৭৫। মসিগী মতুংদা ঐখোইনা থাখি, মহাক্কী মতুংদা, (অতোপ্পা) রসুলশিং মখোইগী মীশিংদা, অমসুং মখোইনা পুরকখি মখোইদা তশেংবা খুদমশিং। তৌইগুম্বসুং মখোইনা থাজখিদে মখোইবু, মরমদি মখোইনা য়াখিদে মখোইবু মমাংঙৈদা। অসুম্না ঐখোইনা মোহর নমশিনবি লম হেন্দোকপশিংগী মথম্মোইশিং।

ثُمَّ بَعَثْنَا مِنْۢ بَعْدِهِمْ مُّوْسٰى وَهٰرُوْنَ اِلٰى فِرْعَوْنَ وَمَلَا۟ئِهٖ بِاٰيٰتِنَا فَاسْتَكْبَرُوْا وَكَانُوْا قَوْمًا مُّجْرِمِيْنَ ﴿٧٥﴾

৭৬। মসিগী মতুংদা ঐখোইনা থাখি, মখোইগী মতুংদা, মুসা অমসুং হারুনবু ফিরঔন অমসুং মহাক্কী (কাওলুপকী) মকোক ওইবশিংদা লোয়নন্না ঐখোইগী খুদমশিংগা; তৌইগুম্বসুং মখোই নাপল-লুথোংনখি অমসুং মখোই মরাল লৈরবা মীশিংনি।

فَلَمَّا جَآءَهُمُ الْحَقُّ مِنْ عِنْدِنَا قَالُوْٓا اِنَّ هٰذَا لَسِحْرٌ مُّبِيْنٌ ﴿٧٦﴾

৭৭। মরম অদুনা অচুম্বা লাকখ্রবদা মখোইদা ঐখোইগী মায়কৈদগী, মখোইনা হায়খি: "মসি তশেং-তশেংবা জাদুনি।"

قَالَ مُوْسٰٓى اَتَقُوْلُوْنَ لِلْحَقِّ لَمَّا جَآءَكُمْ ۗ اَسِحْرٌ هٰذَا ۗ وَلَا يُفْلِحُ السّٰحِرُوْنَ ﴿٧٧﴾

৭৮। মুসানা হায়খি: "করি! নখোইনা (অসি) ঙাঙব্রা, অচুম্বা (তশেংনমক) লাকখ্রবদা নখোইদা? মসি জাদুরা? তৌইগুম্বসুং (খঙঙু) জাদুগরশিং কদৌনুংদসু মমায় পাক্তে।"

قَالُوْٓا اَجِئْتَنَا لِتَلْفِتَنَا عَمَّا وَجَدْنَا عَلَيْهِ اٰبَآءَنَا وَ

৭৯। মখোইনা হায়খি: "নহাক লাকলিব্রা

তَكُونَ لَكُمَا الْكِبْرِيَاءُ فِي الْأَرْضِ وَمَا نَحْنُ لَكُمَا بِمُؤْمِنِينَ ۝٧٨

ঐখোইদা তোকহন্নবগী ঐখোইবু ঐখোইগী প্রম-প্রানা চৎখিবা (লম্বী) দগী অমসুং নখোই অনিনা অচৌবা ওইনবগী (ঐখোইগী ইথক্তা) লম অসিদা? তৌইগুম্বসুং ঐখোই থাজররোই নখোই অনিমকপু।

وَقَالَ فِرْعَوْنُ ائْتُونِي بِكُلِّ سَاحِرٍ عَلِيمٍ ۝٧٩

৮০। অদুগা ফিরঔন্না হায়খিঃ "পুরকও ঐগী ইনাক্তা মহৈ য়াম্না হৈবা জাদুগর পুম্নমক।"

فَلَمَّا جَاءَ السَّحَرَةُ قَالَ لَهُم مُّوسَىٰ أَلْقُوا مَا أَنتُم مُّلْقُونَ ۝٨٠

৮১। মরম অদুনা জাদুগরশিং লাকখ্রবদা, মুসানা হায়খি মখোইদাঃ "হুল্লু নখোইনা হুন-গদৌবমখে।"

فَلَمَّا أَلْقَوْا قَالَ مُوسَىٰ مَا جِئْتُم بِهِ السِّحْرُ ۖ إِنَّ اللَّهَ سَيُبْطِلُهُ ۖ إِنَّ اللَّهَ لَا يُصْلِحُ عَمَلَ الْمُفْسِدِينَ ۝٨١

৮২। মরম অদুনা মখোইনা হুন্দোরকখিবদা (মখোইগী জাদুগী পোৎশিং), মুসানা হায়খিঃ "নখোইনা (শেম-শাদুনা) পুথোরকলিবা অসিদি ইচম-চম্বা জাদুনি। তশেংবমক অল্লাহনা ওইহনবিগনি মসি করিসু কান্নদবা।" থাঙ্গেশেংবমক, অল্লাহনা কদৌনুংদসু চাওখৎপা শরুক্লহনবিদে ফত্তনবা তৌবশিংগী থবক।

وَيُحِقُّ اللَّهُ الْحَقَّ بِكَلِمَاتِهِ وَلَوْ كَرِهَ الْمُجْرِمُونَ ۝٨٢

৮৩। অদুগা অল্লাহনা লিংখৎপিগনি অচুম্বা মহাক্কী ৱাহৈশিংনা, পাপীশিংনা থোইনমক পামদ্রবসু (মদু)।

৯ শুবা রুকূ

فَمَا آمَنَ لِمُوسَىٰ إِلَّا ذُرِّيَّةٌ مِّن قَوْمِهِ عَلَىٰ خَوْفٍ مِّن فِرْعَوْنَ وَمَلَئِهِمْ أَن يَفْتِنَهُمْ ۚ وَإِنَّ فِرْعَوْنَ لَعَالٍ فِي الْأَرْضِ وَإِنَّهُ لَمِنَ الْمُسْرِفِينَ ۝٨٣

৮৪। মরমদুনা কনামতনা ঈমান পুরকখিদে মুসাদা নহারোন খরা নত্তনা মহাক্কী মীশিংগী মরক্তগী, মরমদি কিখিবনা ফিরঔন অমসুং মখোইগী অঙম্বশিংবু মখোইনা ওৎ-নৈবিগদ্রা হায়বগী। অচুম্বমক ফিরঔনদু মনীং মখা তৌরম্মী লম অদুদা অমসুং তশেংবমক মহাক ওইরম্মী (অমা) কা হেন্দোকপশিংগী।

وَقَالَ مُوسَىٰ يَا قَوْمِ إِن كُنتُمْ آمَنتُم بِاللَّهِ فَعَلَيْهِ تَوَكَّلُوا إِن كُنتُم مُّسْلِمِينَ ۝٨٤

৮৫। অদুগা মুসানা হায়খিঃ "হো ঐগী শীংলুপকী মীশিং! নখোইনা (চপচানা) থাজ-খ্রবদি অল্লাহদা, অদুগী মতুংইন্না নখোই আশা তৌ মঙোন্দা, নখোইনা ওইরবদি চঙজখ্রবা (মঙোন্দা)।"

فَقَالُوا عَلَى اللَّهِ تَوَكَّلْنَا رَبَّنَا لَا تَجْعَلْنَا فِتْنَةً لِّلْقَوْمِ الظَّالِمِينَ ﴿٨٦﴾

৮৬। অদুনা মখোইনা হায়খিঃ "ঐখোইনা আশা তৌজে অল্লাহদা। ঐখোইগী মপুও! ওইহনবিগনু ঐখোইবু চাং য়েংনবা পোত্তা অরানবা লম্বীনবা মীশিংগী।

وَنَجِّنَا بِرَحْمَتِكَ مِنَ الْقَوْمِ الْكَافِرِينَ ﴿٨٧﴾

৮৭। "অমসুং কনবিয়ু ঐখোইবু নহাক্কী থৌজালনা লমফৈ-খোঙফম্নবা মীশিং (গী ওৎ-নৈবদগী)।"

وَأَوْحَيْنَا إِلَىٰ مُوسَىٰ وَأَخِيهِ أَن تَبَوَّآ لِقَوْمِكُمَا بِمِصْرَ بُيُوتًا وَاجْعَلُوا بُيُوتَكُمْ قِبْلَةً وَأَقِيمُوا الصَّلَاةَ ۗ وَبَشِّرِ الْمُؤْمِنِينَ ﴿٨٨﴾

৮৮। অদুগা ঐখোইনা তাকপিখি মুসা অমসুং মহাক্কী ময়াম্বদা (অসি হায়বিদুনা)ঃ "নখোই অনিনা লিংখৎলু য়ুমশিং শহরদা নখোইগী মীশিংগীদমক অমসুং শাও নখোইগী য়ুমশিংদু অমগা অমগা মায়োক্লনা অমসুং নমাজ তেক্লু। অদুগা থুংঙু হরাওবা পাওজেল অচুম্বা থাজবশিংদা।"

وَقَالَ مُوسَىٰ رَبَّنَا إِنَّكَ آتَيْتَ فِرْعَوْنَ وَمَلَأَهُ زِينَةً وَأَمْوَالًا فِي الْحَيَاةِ الدُّنْيَا رَبَّنَا لِيُضِلُّوا عَن سَبِيلِكَ ۖ رَبَّنَا اطْمِسْ عَلَىٰ أَمْوَالِهِمْ وَاشْدُدْ عَلَىٰ قُلُوبِهِمْ فَلَا يُؤْمِنُوا حَتَّىٰ يَرَوُا الْعَذَابَ الْأَلِيمَ ﴿٨٩﴾

৮৯। অদুগা মুসানা হায়খিঃ "ঐখোইগী মপুও! নহাকনা পীবিখ্রে ফিরঔন অমসুং মহাক্কী অঙম্বশিংদা অকে-অমৌগী পোৎশিং অমসুং লন-থুম তাইবঙ পুন্সিদা (শীজিন্নবগী) মদুগী ফলনা, ঐখোইগী মপুও! মখোইনা (অরানবা লম্বীনদুনা) কৈরেংনহনবিখ্রে (মীশিংবু) নহাক্কী লম্বীদগী। ঐখোইগী মপুও! তক্লুনা লোৎথোকপিখ্রো মখোইগী মরল-মথুম অমসুং কনশিনহনবিখ্রো মখোইগী মথম্মোইশিং অদুনা মখোইনা অচুম্বা থাজদনবা মখোইনা উদরিবা ফাওবা অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

قَالَ قَدْ أُجِيبَت دَّعْوَتُكُمَا فَاسْتَقِيمَا وَلَا تَتَّبِعَانِّ سَبِيلَ الَّذِينَ لَا يَعْلَمُونَ ﴿٩٠﴾

৯০। অল্লাহনা তাকপিখিঃ নখোইগী নিংজাবা লৌবিরে। মরম অদুনা নখোই অনি খোঙফম চেংলু (অচুম্বা লম্বীদা) অমসুং তুং ইনগনু লম্বী মখোই করিসু খঙদবগী।

وَجَاوَزْنَا بِبَنِي إِسْرَائِيلَ الْبَحْرَ فَأَتْبَعَهُمْ فِرْعَوْنُ وَجُنُودُهُ بَغْيًا وَعَدْوًا ۖ حَتَّىٰ إِذَا أَدْرَكَهُ الْغَرَقُ قَالَ

৯১। অদুগা ঐখোইনা পুবিরকখি ইস্রাইল মচাশিংবু সমুদ্র ঈপাক রাংমদা ; মতমদুদা ফিরঔন অমসুং মহাক্কী তেঙ্গোলশিংনা তান্নরকখি মখোইবু তৌকম থোক্তবদা অমসুং খৎনবা হৌবগী, অসি

آمَنْتُ أَنَّهُ لَآ إِلَٰهَ إِلَّا الَّذِىٓ آمَنَتْ بِهِ بَنُوٓا إِسْرَآءِيلَ وَأَنَا مِنَ الْمُسْلِمِينَ ﴿٩١﴾

য়ৌবফাওবা. মদুদি ঈরাক্কব (গী দশা) না লাঙ্গোয় চনখিবদা মহাকপু, মহাকনা (করি গতিদি লৈজদা শিরমদাই খোঙ্গাউদা) হায়খিঃ "ঐনা থাজরে মদুদি চীঙ্গু লাই কনামতা লৈতে ইস্রাঈলশিংনা থাজরিবা (লাইনিংথৌ) মহাক নত্তনা, অমসুং ঐ ওইজরে (অমা) রায়েল-য়াথং য়াবশিংগী।"

آٰلْـٰٔنَ وَقَدْ عَصَيْتَ قَبْلُ وَكُنْتَ مِنَ الْمُفْسِدِينَ ﴿٩٢﴾

৯২। (অল্লাহনা হায়বিখিঃ) করি! হৌজিক (নং থাজরবনিকো)! অসিগী মমাংদা নং ওইরম্মী (অমা) হায়বা ইন্দবা অমসুং ফত্তনবা শীনবশিংগী।

فَالْيَوْمَ نُنَجِّيكَ بِبَدَنِكَ لِتَكُونَ لِمَنْ خَلْفَكَ آيَةً ۚ وَإِنَّ كَثِيرًا مِنَ النَّاسِ عَنْ آيَاتِنَا لَغَافِلُونَ ﴿٩٣﴾

৯৩। মরম অদুনা ঙসি নুমিত্তা ঐখোইনা ঙাকপি-কনবিগনি নংগী (অশিবা) হকচাংতমক অদুনা নংনা ওইনবা খুদম অমা নংগী তুংদা হৌরকলিবা (শুরোন) শিংদা। অদুগা তশেংবমক মী অয়াম্বনা করিসু মপুকনিং চঙদে ঐখোইগী খুদমশিংদা।

১০ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ بَوَّأْنَا بَنِىٓ إِسْرَآءِيلَ مُبَوَّأَ صِدْقٍ وَرَزَقْنَاهُمْ مِنَ الطَّيِّبَاتِ فَمَا اخْتَلَفُوا حَتَّىٰ جَآءَهُمُ الْعِلْمُ ۚ إِنَّ رَبَّكَ يَقْضِى بَيْنَهُمْ يَوْمَ الْقِيَامَةِ فِيمَا كَانُوا فِيهِ يَخْتَلِفُونَ ﴿٩٤﴾

৯৪। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা পীখি ইস্রাঈল মচাশিংদা য়াইদগী হেন্না ফবা লৈফম, অমসুং ঐখোইনা পীখি মখোইদা অফবা পোৎশিং. তৌইগুম্বসুং মখোই (ধর্ম্মদা) য়ানদবা তৌখিদে জ্ঞান লাক্তরিবা ফাওবা মখোইদা। শোয়দনমক, নংগী মপুনা রায়েল বিচার তৌবিগনি মখোইগী মরক্তা কিয়ামত নুমিত্তা মখোইনা (হৌজিক) য়ানরমদবা রাফমগী মরমদা।

فَإِنْ كُنْتَ فِى شَكٍّ مِمَّآ أَنْزَلْنَآ إِلَيْكَ فَسْـَٔلِ الَّذِينَ يَقْرَءُونَ الْكِتَابَ مِنْ قَبْلِكَ ۚ لَقَدْ جَآءَكَ الْحَقُّ مِنْ رَبِّكَ فَلَا تَكُونَنَّ مِنَ الْمُمْتَرِينَ ﴿٩٥﴾

৯৫। অদুনা নংনা করিগুম্বা চিংনবা শরুক্করবদি ঐখোইনা নংঙোন্দা থাবিখিবা অদুগী মরমদা. হংঙু নংগী মমাংদা (হান্না থাবিখিবা কিতাব) পাবশিংদা। থাঙ্গৈশেংবমক অচুম্বদু লাকখ্রবনি নংঙোন্দা নংগী মপুগী মায়কৈদগী; মরমদুনা নং মনুং চনগনু চিংনজাওবশিংগী,

৯৬। অমসুং নং মনুং চনগনু . য়াদবশিংগী অল্লাহগী পাওজেনশিং, নত্তবদি নং তিনখিগনি মরক্তা অমাঙবা খোঙফম্নবশিংগী।

وَلَا تَكُونَنَّ مِنَ الَّذِينَ كَذَّبُوا بِآيَاتِ اللَّهِ فَتَكُونَ مِنَ الْخَاسِرِينَ ﴿٩٥﴾

৯৭। তশেংবমক অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইগী মথক্তা অল্লাহগী (ৱায়েল-চৈরাক্কী) ৱাহে পাংথোকপা তাখ্রবা মখোইদুনা অচুম্বা থাজররোই,

إِنَّ الَّذِينَ حَقَّتْ عَلَيْهِمْ كَلِمَتُ رَبِّكَ لَا يُؤْمِنُونَ ﴿٩٦﴾

৯৮। অমসুং লাকলবসু মখোইদা খুদম (মখল) খুদিং, মখোইনা উদরিবা ফাওবা (মখোইদা পীগদৌবা) অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাকদু।

وَلَوْ جَاءَتْهُمْ كُلُّ آيَةٍ حَتَّىٰ يَرَوُا الْعَذَابَ الْأَلِيمَ ﴿٩٧﴾

৯৯। করি মরমগী লৈরমদবগে শহর অমতা অচুম্বা থাজবা, য়ুনুসকী মীশিং নত্তনা, অদুনা মখোইগী থাজবনা কান্নহল্লমগদবদা মখোইবু? মখোইনা অচুম্বা থাজখিবদা, ঐখোইনা লৌথোকপিখি মখোইদগী ঈকাই ফিরুক খুমহনবগী চৈরাক তাইবঙ পুন্সি খোঙফমদা, অমসুং ঐখোইনা পীবিখি মখোইদা নুংঙাইবা মতম খরগী।

فَلَوْلَا كَانَتْ قَرْيَةٌ آمَنَتْ فَنَفَعَهَا إِيمَانُهَا إِلَّا قَوْمَ يُونُسَ لَمَّا آمَنُوا كَشَفْنَا عَنْهُمْ عَذَابَ الْخِزْيِ فِي الْحَيَاةِ الدُّنْيَا وَمَتَّعْنَاهُمْ إِلَىٰ حِينٍ ﴿٩٨﴾

১০০। অদুগা নংগী মপুনা করিগুম্বা নীংলমলবদি, পৃথিবীদা লৈবা (মী) পুম্নমক্না অচুম্বা থাজরমগনি পুল্লপ্পা। মরমদুনা,নংনা নমফু তৌরগে হায়ৱা মীশিংনা ওইরক্কবা অচুম্বা থাজবা ?

وَلَوْ شَاءَ رَبُّكَ لَآمَنَ مَنْ فِي الْأَرْضِ كُلُّهُمْ جَمِيعًا ۚ أَفَأَنْتَ تُكْرِهُ النَّاسَ حَتَّىٰ يَكُونُوا مُؤْمِنِينَ ﴿٩٩﴾

১০১। অদুগা থৱাই কনামতনা অচুম্বা থাজদে অল্লাহগী হুকুম নত্তনা। অদুগা মহাকনা (কুমথহল্লি) মহাক্কী অশাউবা মথক্তা অদুগুম্বা মীওইশিংগী মখোইদুনা শীজন্নদবা মখোইগী লৌশিং।

وَمَا كَانَ لِنَفْسٍ أَنْ تُؤْمِنَ إِلَّا بِإِذْنِ اللَّهِ ۚ وَيَجْعَلُ الرِّجْسَ عَلَى الَّذِينَ لَا يَعْقِلُونَ ﴿١٠٠﴾

১০২। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "ৱাখল লূনা থল্লু করি থোকলিবা আসমান অমসুং পৃথিবীদা।" তৌইগুম্বসুং খুদমশিং অমসুং চেকশিন-ৱা-হায়বশিংনা করিসু কান্নবা পীদে অচুম্বা থাজৌ হায়বা য়াদবা মীশিংদা।

قُلِ انْظُرُوا مَاذَا فِي السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ ۚ وَمَا تُغْنِي الْآيَاتُ وَالنُّذُرُ عَنْ قَوْمٍ لَا يُؤْمِنُونَ ﴿١٠١﴾

১০৩। করি! মখোইনা ঙাইব্রা, মওং মতাদুদা,

فَهَلْ يَنْتَظِرُونَ إِلَّا مِثْلَ أَيَّامِ الَّذِينَ خَلَوْا مِنْ

قَبْلِهِمْ ۚ قُلْ فَانْتَظِرُوٓا إِنِّي مَعَكُمْ مِّنَ الْمُنْتَظِرِينَ ﴿١٠٢﴾

মান্নবা ( দশা লায়বক) অদুখক্তা (থোকখিবদু) মপুন্সি খোঙফমদা শিখ্রবশিংদুগী মখোইগী মমাংদা? হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "ঙাইয়ু, অদু ওইরবদি, তশেংবমক ঐসু লোয়নরিএ নখোইগা অঙাইবশিংগী মরক্তা।"

ثُمَّ نُنَجِّي رُسُلَنَا وَالَّذِينَ آمَنُوا كَذٰلِكَ ۚ حَقًّا عَلَيْنَا نُنْجِ الْمُؤْمِنِينَ ﴿١٠٣﴾

১০৪। অদুগী মতমদা ঐখোইনা ঙাকপিগনি ঐখোইগী রসুলশিং অমসুং অচুম্বা থাজবশিংবু। অসুম্না মসি ঐখোইগী তঙাইফদ্রবা ইথৌনি ঙাকপি-কনবিবা অচুম্বা থাজবশিংবু।

১১ শুবা রুকূ

قُلْ يٰٓأَيُّهَا النَّاسُ إِنْ كُنْتُمْ فِي شَكٍّ مِّنْ دِينِي فَلَآ أَعْبُدُ الَّذِينَ تَعْبُدُونَ مِنْ دُونِ اللّٰهِ وَلٰكِنْ أَعْبُدُ اللّٰهَ الَّذِي يَتَوَفّٰىكُمْ ۖ وَأُمِرْتُ أَنْ أَكُونَ مِنَ الْمُؤْمِنِينَ ﴿١٠٤﴾

১০৫। হায়য়ুঃ "হে মীওইবশিং! নখোইনা করিগুম্বা চিংনরবদি ঐগী ধর্ম্মগী মরমদা মতাং অদুদা (খঙউ) ঐনা ঈরাৎ পুজা তৌদে নখোইনা ঈরাৎ পুজা তৌরিবা অল্লাহ নত্তবশিংদো, তৌইগুম্বসুং ঐনা বন্দগী তৌজে অল্লাহতবুঃ মহাকনা শিহল্লি নখোইবু, অমসুং ঐবু য়াথংনবিখ্রে ওইনবগী (অমা) অচুম্বা থাজবশিংগী।

وَأَنْ أَقِمْ وَجْهَكَ لِلدِّينِ حَنِيفًا ۚ وَلَا تَكُونَنَّ مِنَ الْمُشْرِكِينَ ﴿١٠٥﴾

১০৬। "অমসুং (ঐবু অমুকসু য়াথংনবিখ্রেঃ) নং নমায় পুমওন-ওনশল্লু ধর্ম্মদা ঋদি শেংনা অমসুং ওইগনু (অমা, অল্লাহগা) মশরুক য়ামিন্নবশিং লৈ হায়জিনবশিংগী।

وَلَا تَدْعُ مِنْ دُونِ اللّٰهِ مَا لَا يَنْفَعُكَ وَلَا يَضُرُّكَ ۚ فَإِنْ فَعَلْتَ فَإِنَّكَ إِذًا مِّنَ الظّٰلِمِينَ ﴿١٠٦﴾

১০৭। "অমসুং কৌগনু অল্লাহ নত্তবা কনামতবু মদুনা তৌবা ঙমদবা নংগী কান্নবা নত্তগা নংগী মাঙননবা; মরমদি নংনা তৌরবদি অদুম্না, নং শোয়দনমক ওইখিগনি (অমা) অরানবা লম্বীনবশিংগী।"

وَإِنْ يَمْسَسْكَ اللّٰهُ بِضُرٍّ فَلَا كَاشِفَ لَهٗٓ إِلَّا هُوَ ۚ وَإِنْ يُرِدْكَ بِخَيْرٍ فَلَا رَآدَّ لِفَضْلِهٖ ۚ يُصِيبُ بِهٖ مَنْ يَشَآءُ مِنْ عِبَادِهٖ ۚ وَهُوَ الْغَفُورُ الرَّحِيمُ ﴿١٠٧﴾

১০৮। অদুগা অল্লাহনা নংহল্লবদি নংবু অরাবা অমা, কনামতা লৈতে লৌথোকপা ঙম্বা মদু মহাক নত্তনা; অমসুং মহাকনা তৌবিরবদি নংঙোন্দা অফবা অমা, কনামতা লৈতে থিংবা ঙম্বা মহাক্কী থৌজালবু। মহাকনা থুংহল্লি মদু মহাকনা চানবিবদা মহাক্কী মনাইশিংগী মরক্তা মহাক্তি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

قُلْ يَٰٓأَيُّهَا ٱلنَّاسُ قَدْ جَآءَكُمُ ٱلْحَقُّ مِن رَّبِّكُمْ ۖ فَمَنِ ٱهْتَدَىٰ فَإِنَّمَا يَهْتَدِى لِنَفْسِهِۦ ۖ وَمَن ضَلَّ فَإِنَّمَا يَضِلُّ عَلَيْهَا ۖ وَمَآ أَنَا۠ عَلَيْكُم بِوَكِيلٍ ﴿١٠٩﴾

১০৯। হায়য়ু "হে মীওইবশিং! হৌজিক তশেংনমক লাকখ্রবনি অচুম্বা নখোইদা নখোইগী মপুগী মায়কৈদগী। মরম অদুনা কনাগুম্বনা ইল্লবদি লমজিং, ইল্লি মদু মহাক মশাগী থরাইগী ফননবগী; অমসুং কনাগুম্বনা ফৈরেংনরবদি, ফৈরেংনজে মশামক্কী মায়োক্তা। অদুগা ঐ নত্তে পান্নরিবা মী নখোইগী নথক্তা।"

وَٱتَّبِعْ مَا يُوحَىٰٓ إِلَيْكَ وَٱصْبِرْ حَتَّىٰ يَحْكُمَ ٱللَّهُ ۚ وَهُوَ خَيْرُ ٱلْحَٰكِمِينَ ﴿١١٠﴾

১১০। অদুগা ইল্লু নংঙোন্দা ফোংদোকপিখিবা (রাপাওশিং) অদু অমসুং খাংবা কল্লু অল্লাহনা হুকুম তৌবিদরিবা ফাওবা; অমসুং মহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না ফবা রায়েন্নাকপনি।





(হিজরী মতূংদা থাখি, আয়াত মশিং ১২৪)

১ নবা রুকূ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। ঐ অল্লাহনি, পোৎ পুম্নমক উবনি (অনল্লাহু অরা)। মসি কিতাব অমানি, মাগী শৈরেংশিং হোংদোক-হোংজিন্নঙাই ওইদবনি অমসুং অদুগী তুংদা মখোইবু শুগায়না তাকথোকপি। মসি খুইদগী হেন্না অশিংবা, পুংখঙ-খঙবা অমগী মায়কৈদগীনি।

الٓرٰ كِتٰبٌ اُحْكِمَتْ اٰيٰتُهٗ ثُمَّ فُصِّلَتْ مِنْ لَّدُنْ حَكِيْمٍ خَبِيْرٍ ②

৩। (মানা তম্বি) মদুদি নখোইনা ভক্তি কৎলোই-দবনি কনামতদা অল্লাহদা নত্তনা। (হায়য়ু ঃ) "তশেংবমক ঐসে নখোইদা চেকশিন-ব্রা-হায়বা (মী) নি অমসুং হরাওবা পাও পুরকপনি মহাক্কী মায়কৈদগী,

اَلَّا تَعْبُدُوْٓا اِلَّا اللّٰهَ ۗ اِنَّنِيْ لَكُمْ مِّنْهُ نَذِيْرٌ وَّبَشِيْرٌ ③

৪। "অদুগা নখোই থিয়ু অয়োন-অরান ঙাকপিনবগী নখোইগী মপুগী, অদুগী তুংদা নপুকনিং হোংঙু মহাক্কী মায়কৈদা, মহাকনা পীবিগনি নখোইদা অফবা চিঞ্জাক অরেম্পা মতম অমগী। অদুগা মহাকনা পীবিগনি মহাক্কী থৌজাল মশাগী মগুণ লৈবা (মী) খুদিংদা। অদুগা নখোইনা নমায় ওথোকলবদি, ঐনা তশেংবমক কিবি নখোইগীদমক্তা (তমথীবা) ব্রায়েল-চৈরাক (থাবিগদৌবদু) অচৌবা নুমিৎ অমদা।

وَّاَنِ اسْتَغْفِرُوْا رَبَّكُمْ ثُمَّ تُوْبُوْٓا اِلَيْهِ يُمَتِّعْكُمْ مَّتَاعًا حَسَنًا اِلٰٓى اَجَلٍ مُّسَمًّى وَّيُؤْتِ كُلَّ ذِيْ فَضْلٍ فَضْلَهٗ ۗ وَاِنْ تَوَلَّوْا فَاِنِّيْٓ اَخَافُ عَلَيْكُمْ عَذَابَ يَوْمٍ كَبِيْرٍ ④

৫। "অল্লাহদা নখোই হনজনগনি; অমসুং মহাক্তি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।"

اِلَى اللّٰهِ مَرْجِعُكُمْ ۚ وَهُوَ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيْرٌ ⑤

৬। য়েংউ! হৌজিক মখোইনা য়োমশিল্লি মখোইগী মথবাকশিং অদুনা মখোইনা লোৎশন্নবা (মখোইগী ফত্তবা ব্রাখলশিং) অল্লাহদগী। য়েংউ!

اَلَآ اِنَّهُمْ يَثْنُوْنَ صُدُوْرَهُمْ لِيَسْتَخْفُوْا مِنْهُ ۗ اَلَا

حِينَ يَسْتَغْشُونَ ثِيَابَهُمْ يَعْلَمُ مَا يُسِرُّونَ وَمَا يُعْلِنُونَ ۚ إِنَّهُ عَلِيمٌ بِذَاتِ الصُّدُورِ ⑥

মখোইনা কুপশল্লবসু মশামকপু মখোইগী শেৎ-ইন্নবা ফিরোলশিংনা, মহাকনা খঙই মখোইনা লোৎশনবসু অমসুং মখোইনা ফোংদোকপসু। তশেংবমক, মহাকনা থুন্না খঙই (মখোইগী) থবাক মনুংশিংদা লৈবসু।

### সিপারহ ১২ঃ ৱমা মিন দাববতিন

وَمَا مِنْ دَابَّةٍ فِي الْأَرْضِ إِلَّا عَلَى اللَّهِ رِزْقُهَا وَيَعْلَمُ مُسْتَقَرَّهَا وَمُسْتَوْدَعَهَا ۚ كُلٌّ فِي كِتَابٍ مُبِينٍ ⑦

৭। অদুগা লৈতে জীব অমতা মালেম অসিদা তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা হুল্লি মাগী চিঞ্জাক, অমসুং মহাকনা খঙই মাগী য়াইরেকফম অমসুং মাগী যুম। পুম্নমকসি ইশিন্দুনা থমলি তশেং-তশেংবা কিতাব অমদা।

وَهُوَ الَّذِي خَلَقَ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضَ فِي سِتَّةِ أَيَّامٍ وَكَانَ عَرْشُهُ عَلَى الْمَاءِ لِيَبْلُوَكُمْ أَيُّكُمْ أَحْسَنُ عَمَلًا ۗ وَلَئِنْ قُلْتَ إِنَّكُمْ مَبْعُوثُونَ مِنْ بَعْدِ الْمَوْتِ لَيَقُولَنَّ الَّذِينَ كَفَرُوا إِنْ هَٰذَا إِلَّا سِحْرٌ مُبِينٌ ⑧

৮। অদুগা মহাকননি শেম-শাখিবা আসমান অমসুং পৃথিবীবু (তোঙান-তোঙানবা) মতম তরুকদা, —অমসুং মহাক্কী (শক্তিগী) সিংহাসনদি লৈ ঈশিং মথক্তা—অদুনা মহাকনা চাং য়েংনবা নখোই কনানা খ্বাইদগী হেন্না ফবা থবক্তা। অদুগা নংনা হায়বদা (মীওইবশিংদা)ঃ "নখোইবু শোয়দনমক হিংগৎহনবিগনি শিরবা মতুংদা," লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা শোয়দনমক হায়গনিঃ "মসি করিসু নত্তে তৌইগুম্বসুং তশেংবা লৌনমনি।"

وَلَئِنْ أَخَّرْنَا عَنْهُمُ الْعَذَابَ إِلَىٰ أُمَّةٍ مَعْدُودَةٍ لَيَقُولُنَّ مَا يَحْبِسُهُ ۗ أَلَا يَوْمَ يَأْتِيهِمْ لَيْسَ مَصْرُوفًا عَنْهُمْ وَحَاقَ بِهِمْ مَا كَانُوا بِهِ يَسْتَهْزِئُونَ ⑨

৯। অদুগা ঐখোইনা করিগুম্বা পন্থরবদি মখোইদা ৱায়েল-চৈরাক থাগদৌবদু মতম অমগীদমক, মখোইনা শোয়দনমক হায়গনিঃ "করিনা থিংখ্রবগে মদু?" য়েংউ! নুমিৎ অদুদা মদু লাকলবদা মখোইদা, মদু থিংবা ঙমলোই মখোইদগী অমসুং মখোইনা মশিঙ্গাং ওইনা করেম্নরম্বা অদুনা ইকোয় – কোয়শনবিগনি মখোইবু।

### ২ শুবা রুকূ

وَلَئِنْ أَذَقْنَا الْإِنْسَانَ مِنَّا رَحْمَةً ثُمَّ نَزَعْنَاهَا مِنْهُ

১০। অদুগা ঐখোইনা করিগুম্বা মীবু মহাউ তংহল্লবদি থৌজাল ঐখোইদগী, অমসুং অদুগী

اِنَّهٗ لَيَـُٔوْسٌ كَفُوْرٌ ﴿٩﴾

তুংদা লৌথোকপিরবদি মদু মঙোন্দগী, থাঙ্গেশেংবমক মহাক আশা খাউদেকনৈ, তৌবিমল খঙদে।

وَلَئِنْ اَذَقْنٰهُ نَعْمَآءَ بَعْدَ ضَرَّآءَ مَسَّتْهُ لَيَقُوْلَنَّ ذَهَبَ السَّيِّاٰتُ عَنِّيْ ؕ اِنَّهٗ لَفَرِحٌ فَخُوْرٌ ﴿١٠﴾

১১। অদুগা ঐখোইনা মহাউ তংহন্নবদি মহাকপু চানবিবা. অমা লায়বক থীবা থোকখ্রবা মতুংদা মঙোন্দা, মহাকনা হায়ঃ "চৎখ্রে ফত্তবশিং ঐঙোন্দগী" তশেংবমক মহাক হরাওজে, চাউথোকচে;

اِلَّا الَّذِيْنَ صَبَرُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ ؕ اُولٰٓئِكَ لَهُمْ مَّغْفِرَةٌ وَّاَجْرٌ كَبِيْرٌ ﴿١١﴾

১২। নত্তনা অখাংকনবা অমসুং অফবা থবকশিং তৌবা মখোইদো। মখোইগীদমক্তি কোকপিবনি অমসুং অচৌবা মনা-মথিন্নি।

فَلَعَلَّكَ تَارِكٌۢ بَعْضَ مَا يُوْحٰٓى اِلَيْكَ وَضَآئِقٌۢ بِهٖ صَدْرُكَ اَنْ يَّقُوْلُوْا لَوْلَآ اُنْزِلَ عَلَيْهِ كَنْزٌ اَوْ جَآءَ مَعَهٗ مَلَكٌ ؕ اِنَّمَآ اَنْتَ نَذِيْرٌ ؕ وَاللّٰهُ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ وَّكِيْلٌ ﴿١٢﴾

১৩। (ফত্তবদা থিগনবা মখোইনা খন্নি মদুদি) নংনা থাদোকপা য়াই শরুক অমা নংঙোন্দা ফোংদোকপিখিবা অদুগী অমসুং নংগী থবাক ফুনগৎলগনি মদুনা মরমদি মখোইনা হায়ঃ "করি মরমগী লন-থুমগী পুক্নে অমা থাবিরক্তবগে মঙোন্দা নত্ত্রগা ফরিশতহ অমা লাক্তবগে মহাক্কা লোয়ননা?" থাঙ্গেশেংবমক, নংদি চেকশিন্নবা হায়বিবা মী অমনি অমসুং অল্লাহনা ওইবি ঙাক-শেনবিবা পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

اَمْ يَقُوْلُوْنَ افْتَرٰىهُ ؕ قُلْ فَاْتُوْا بِعَشْرِ سُوَرٍ مِّثْلِهٖ مُفْتَرَيٰتٍ وَّادْعُوْا مَنِ اسْتَطَعْتُمْ مِّنْ دُوْنِ اللّٰهِ اِنْ كُنْتُمْ صٰدِقِيْنَ ﴿١٣﴾

১৪। নত্ত্রগা মখোইনা হায়ব্রাঃ "মহাকনা জাল তৌখ্রে মসি?" হায়য়ুঃ "অদু ওইরবদি পুরকও সূরহ তরাদং মসিগা মান্নবা, জাল তৌদুনা শেমলবা; অমসুং কৌশিল্লু (নখোইবু তেংবাংবিনবগী) নখোইনা ঙম্বমখে অল্লাহ নত্তনা, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।

فَاِلَّمْ يَسْتَجِيْبُوْا لَكُمْ فَاعْلَمُوْٓا اَنَّمَآ اُنْزِلَ بِعِلْمِ اللّٰهِ وَاَنْ لَّآ اِلٰهَ اِلَّا هُوَ ۚ فَهَلْ اَنْتُمْ مُّسْلِمُوْنَ ﴿١٤﴾

১৫। মতমদুদা মখোইনা পাওখুমলক্ত্রবদি নখোইদা, খঙলো নখোই মদুদি মসি থাবিরকখি অল্লাহগী জ্ঞানগা লোয়ননা অমসুং চীঙু লাই কনামতা লৈতে মহাক নত্তনা। অদুনা নখোইবু ওইরোইদৌরিব্রা মুসলিম?

مَنْ كَانَ يُرِيْدُ الْحَيٰوةَ الدُّنْيَا وَزِيْنَتَهَا نُوَفِّ

১৬। কনাগুম্বনা পামশিন্নবদি তাইবঙ পুন্সিবু

অমসুং মাগী লৈতেংশিংবু, ঐখোইনা পীবিগনি (পুরা) মখোইগী তৌজ মতিকমল (পুন্সি) অসিদা অমসুং মখোইবু করিসু লান্না তৌবিরোই মদুগী মনুংদা।

إِلَيْهِمْ أَعْمَالَهُمْ فِيهَا وَهُمْ فِيهَا لَا يُبْخَسُونَ ﴿١٦﴾

১৭। মখোইদু ফংলরোই করিমতা শিরবা মতুংগী পুন্সিদা খাম্বি মৈ নত্তনা, অমসুং মখোইনা তৌজরম্বদু (পুন্সি) অসিদা করিসু কান্নবা ওইররোই অমসুং মখোইগী থবকশিং অরেম্বদা তারগনি।

أُولَٰئِكَ الَّذِينَ لَيْسَ لَهُمْ فِي الْآخِرَةِ إِلَّا النَّارُ ۖ وَحَبِطَ مَا صَنَعُوا فِيهَا وَبَاطِلٌ مَا كَانُوا يَعْمَلُونَ ﴿١٧﴾

১৮। মপুদগী খুদম ফংবা নিপা অমা লৈরম্মী, মহাকনা থাজরিবদু সাক্ষী পীবা অমসু লাকপিখ্রে মপু মহাক্কী মায়কৈদগী, অসিগী মমাংদসু মুসাদা থৌজাল অমসুং লমজিং তাকপিবা কিতাব অমসু থাবিরমখ্রে (মখোইনা য়াদব্রা পাওজেনসিবু? নত্তে,) মখোইনা থাজখি মদু। অদুগা কনাগুম্বনা (তোঙান-তোঙানবা) কাংলুপশিংগী মরক্তগী থাজদ্রবদি মসি, খাম্বি মৈদা মহাক্কী ৱাশকপিখ্রবা লৈফমনি। মরমদুনা নং করিমতা চিংনগনু মসিগী মরমদা। থাজৈশেংবমক মসি অচুম্বনি নংগী মপুগী মায়কৈদগী, তৌঁইগুম্বসুং মীঁ অয়াম্বনা থাজদে (মদু)।

أَفَمَنْ كَانَ عَلَىٰ بَيِّنَةٍ مِنْ رَبِّهِ وَيَتْلُوهُ شَاهِدٌ مِنْهُ وَمِنْ قَبْلِهِ كِتَابُ مُوسَىٰ إِمَامًا وَرَحْمَةً ۚ أُولَٰئِكَ يُؤْمِنُونَ بِهِ ۚ وَمَنْ يَكْفُرْ بِهِ مِنَ الْأَحْزَابِ فَالنَّارُ مَوْعِدُهُ ۚ فَلَا تَكُ فِي مِرْيَةٍ مِنْهُ ۚ إِنَّهُ الْحَقُّ مِنْ رَبِّكَ وَلَٰكِنَّ أَكْثَرَ النَّاسِ لَا يُؤْمِنُونَ ﴿١٨﴾

১৯। অদুগা অল্লাহগী মায়োক্তা মীনম্বা হায়জিনবা মঙোন্দগী হেন্না চুমদবা কনানো? অসিগুম্বা মীওইশিং পুথোকপিগনি মখোইগী মপুগী মমাংদা, অমসুং সাক্ষীশিংনা হায়গনিঃ মখোইসিনি মীনম্বা হায়জিল্লম্বা মখোইগী মপুগী মায়োক্তা।" য়েংউ! অল্লাহনা সিরাপ তৌবিখ্রে মীতমথীশিংগী মথক্তা।

وَمَنْ أَظْلَمُ مِمَّنِ افْتَرَىٰ عَلَى اللَّهِ كَذِبًا ۚ أُولَٰئِكَ يُعْرَضُونَ عَلَىٰ رَبِّهِمْ وَيَقُولُ الْأَشْهَادُ هَٰؤُلَاءِ الَّذِينَ كَذَبُوا عَلَىٰ رَبِّهِمْ ۚ أَلَا لَعْنَةُ اللَّهِ عَلَى الظَّالِمِينَ ﴿١٩﴾

২০। মখোইনা থীংলম্মী (মীশিংবু) অল্লাহগী লম্বীদগী অমসুং হোৎনরম্মী মদু (অচুম্বা পরিংদগী) খোয়হন্নবা। অদুগা মখোইসিনি থাজদরিবা শিরবা মতুংগী পুন্সি।

الَّذِينَ يَصُدُّونَ عَنْ سَبِيلِ اللَّهِ وَيَبْغُونَهَا عِوَجًا وَهُمْ بِالْآخِرَةِ هُمْ كَافِرُونَ ﴿٢٠﴾

২১। অসিগুম্বা মীওইশিংনা কদৌঙেদসু ঙম্মরোই

أُولَٰئِكَ لَمْ يَكُونُوا مُعْجِزِينَ فِي الْأَرْضِ وَمَا كَانَ

لَهُمْ مِّنْ دُوْنِ اللّٰهِ مِنْ اَوْلِيَآءَ ۘ يُضٰعَفُ لَهُمُ الْعَذَابُ ۭ مَا كَانُوْا يَسْتَطِيْعُوْنَ السَّمْعَ وَمَا كَانُوْا يُبْصِرُوْنَ ﴿٢٠﴾

য়েখাইবা (অল্লাহগী থৌরাং) মালেমদা, নত্তগা লৈররোই মখোইগী ঙাকপিবশিং অল্লাহ নত্তনা। চৈরাক দণ্ডি পোৎমনি পীবিগদৌরিবা মখোইদা। মখোইনা ঙমদে তাবা (নবীনা ঙাঙবদু) নত্তগা ঙমদে মখোই উবা (অচুম্বগী মঙাল)।

اُولٰٓئِكَ الَّذِيْنَ خَسِرُوْٓا اَنْفُسَهُمْ وَضَلَّ عَنْهُمْ مَّا كَانُوْا يَفْتَرُوْنَ ﴿٢١﴾

২২। মখোইসি অমাঙবা খোঙফম্নহনখ্রবনি মখোইগী মথরাইশিংবু, অমসুং মখোইনা চুমদনা পঙশা-শাগৎলম্বদু চৎখ্রগনি মখোইদগী।

لَا جَرَمَ اَنَّهُمْ فِى الْاٰخِرَةِ هُمُ الْاَخْسَرُوْنَ ﴿٢٢﴾

২৩। শোয়দনমক মখোই খ্বাইদগী হেন্না অমাঙবা শরুক্লরগনি আখেরতদা।

اِنَّ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ وَاَخْبَتُوْٓا اِلٰى رَبِّهِمْ ۙ اُولٰٓئِكَ اَصْحٰبُ الْجَنَّةِ ۚ هُمْ فِيْهَا خٰلِدُوْنَ ﴿٢٣﴾

২৪। থাঙ্গৈশেংবমক অদুগুম্বা মীওইশিং অচুম্বা থাজরবা অমসুং অফবা থবককশিং তৌবা অমসুং নোল্লুকপা মখোইগী মপুগী মমাংদা—মখোইসি মরূপসিংনি স্বর্গ লৈকোনগী; মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগনি (লোম্বা লৈতনা)।

مَثَلُ الْفَرِيْقَيْنِ كَالْاَعْمٰى وَالْاَصَمِّ وَالْبَصِيْرِ وَالسَّمِيْعِ ۭ هَلْ يَسْتَوِيٰنِ مَثَلًا ۭ اَفَلَا تَذَكَّرُوْنَ ﴿٢٤﴾

২৫। খুৎপু অনিসিগী মান্নবা মতৌদি মমিৎ তাংবা অমসুং মনা পঙবা, অমসুং মমিৎ উবা অমসুং মনা তাবা অদুগুম্বনি। মখোই অনিদু মান্নবরা ফিবমদা! নখোই, অদুগী মতুংইন্না, ব্রাখল তৌরোইদ্রা?

৩ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ اَرْسَلْنَا نُوْحًا اِلٰى قَوْمِهٖٓ ۡ اِنِّىْ لَكُمْ نَذِيْرٌ مُّبِيْنٌ ﴿٢٥﴾

২৬। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা থাখি নুহবু মহাক্কী মীশিংদা (অমসুং মহাকনা হায়খি ঃ) "থাঙ্গৈশেংবমক ঐসে ইচম-চম্বা চেকশিন-ব্রা-হায়বা মীনি নখোইদা,

اَنْ لَّا تَعْبُدُوْٓا اِلَّا اللّٰهَ ۭ اِنِّىْٓ اَخَافُ عَلَيْكُمْ عَذَابَ يَوْمٍ اَلِيْمٍ ﴿٢٦﴾

২৭। "নখোই বন্দগী তৌগনু কনামতগী অল্লাহগী নত্তনা।, তশেংবমক ঐনা কিবি নখোইবু ব্রায়েল-চৈরাক পীবিগদৌবদু অব্রাবগী মশক ওইবা নুমিৎ অমদা।"

فَقَالَ الْمَلَاُ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا مِنْ قَوْمِهٖ مَا نَرٰىكَ اِلَّا

২৮। মরমদুনা মহাক্কী মকোক ওইবশিং, মখোই লমফৈ-খোঙফম্নরম্বনা পাওখুমখি ঃ ঐখোইনা উই নংসে কনাসু নত্তে মীনি ঐখোইগুম্বা, অমসুং

بَشَرًا مِّثْلَنَا وَمَا نَرٰىكَ اتَّبَعَكَ اِلَّا الَّذِيْنَ هُمْ اَرَاذِلُنَا بَادِيَ الرَّاْيِ ۚ وَمَا نَرٰى لَكُمْ عَلَيْنَا مِنْ فَضْلٍۢ بَلْ نَظُنُّكُمْ كٰذِبِيْنَ ۝٢٧

ঐখোইনা উই নংবু কনানসু য়াবিদে নত্তনা মখোইদু, মপান্থোংগী শক-উৎপদা, ঐখোইগী খুাইদগী হেন্না তোল্লবশিংনি। অদুগা ঐখোইনা উদে নংঙোন্দা থক থোংবা মতা ঐখোইগী ইথক্তা: নত্তে, ঐখোইনা থাজে নং (সু অমনি) মীনম-জাওবশিংগী।

قَالَ يٰقَوْمِ اَرَءَيْتُمْ اِنْ كُنْتُ عَلٰى بَيِّنَةٍ مِّنْ رَّبِّيْ وَاٰتٰىنِيْ رَحْمَةً مِّنْ عِنْدِهٖ فَعُمِّيَتْ عَلَيْكُمْ ۗ اَنُلْزِمُكُمُوْهَا وَاَنْتُمْ لَهَا كٰرِهُوْنَ ۝٢٨

২৯। মহাকনা হায়খি: "হো ঐগী কাঙলুপ! উদব্রা নখোই ঐসে তশেংবা দলিল ফংলবনি ঐগী মপুদগী অমসুং মহাকনা পীবি ঐঙোন্দা থৌজাল (য়াম্না) মহাক্কী মায়কৈদগী, তৌইগুম্বসুং (য়োং নাপল শেন্দ্রাও পুবগুম) মদু শেংনা উদবা ওইখ্রে নখোইদা। ঐখোইনা নমফু তৌসিরা মদু নখোইদা, নখোইনা পামদবদা মদুবু ?

وَيٰقَوْمِ لَاۤ اَسْـَٔلُكُمْ عَلَيْهِ مَالًا ۗ اِنْ اَجْرِيَ اِلَّا عَلَى اللّٰهِ وَمَاۤ اَنَا بِطَارِدِ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا ۗ اِنَّهُمْ مُّلٰقُوْا رَبِّهِمْ وَلٰكِنِّيْۤ اَرٰىكُمْ قَوْمًا تَجْهَلُوْنَ ۝٢٩

৩০। "অদুগা হো ঐগী কাঙলুপ! ঐনা হায়দে নখোইদা লন-থুম পীয়ু (ঐনা ধর্ম্ম পাওতাকপগী নখোইদা)। ঐগী মনা-মথিন্দি ফংগনি অল্লাহতদগী। অদুগা ঐনা তানথোকচরোই অচুম্বা থাজরবশিংবু। মখোই শোয়দনমক উনগনি মখোইগী মপুগা। তৌইগুম্বসুং ঐনা উই নখোইসে অপঙ ঙাইওইনবা মীশিংনি।

وَيٰقَوْمِ مَنْ يَّنْصُرُنِيْ مِنَ اللّٰهِ اِنْ طَرَدْتُّهُمْ ۗ اَفَلَا تَذَكَّرُوْنَ ۝٣٠

৩১। "অদুগা হো ঐগী কাঙলুপ! কনানা তেংবাংবিগনি ঐবু অল্লাহগী মায়োক্তা, ঐনা তাথোকলবদি মখোইবু? নখোই, করিসু খল্লরোইদ্রা ?

وَلَاۤ اَقُوْلُ لَكُمْ عِنْدِيْ خَزَآئِنُ اللّٰهِ وَلَاۤ اَعْلَمُ الْغَيْبَ وَلَاۤ اَقُوْلُ اِنِّيْ مَلَكٌ وَّلَاۤ اَقُوْلُ لِلَّذِيْنَ تَزْدَرِيْۤ اَعْيُنُكُمْ لَنْ يُّؤْتِيَهُمُ اللّٰهُ خَيْرًا ۗ اَللّٰهُ اَعْلَمُ بِمَا فِيْۤ اَنْفُسِهِمْ ۚۖ اِنِّيْۤ اِذًا لَّمِنَ الظّٰلِمِيْنَ ۝٣١

৩২। অদুগা ঐনা হায়দে নখোইদা ঐনা মপু ওইরে অল্লাহগী লনকৈশিংগী, নত্তগা ঐনা মখঙলে অমম্বগী রাশিং, নত্তগা ঐনা হায়দে ঐ ওইরে ফরিশতহ অমা। নত্তগা ঐনা হায়দে নখোইগী নমিৎশিংনা তুক্কচনা য়েংবদু: "অল্লাহনা পীবিররোই অফবা করিমতা মখোইদা" অল্লাহনা খঙই মখোইগী মপুকনিংশিংদা লৈবা-পুম্বা। তশেংবমক, ঐ ওইখিগনি, মওং মতাদুদা, (অমা) চুমদবা তৌবশিংগী।

৩৩। মখোইনা হায়খি ঃ "হে নুহ! নংনা তশেংনমক চীন্দান্নে ঐখোইগা অমসুং কায়ারক হন্না চীন্দান্নখ্রে ঐখোইগা; হৌজিক পুরকও (রায়েল-চৈরাকশিং) নংনা ধমকা তৌখিবদু ঐখোইদা. নংনা মওইরবদি (অমা) অচুম্বা ঙাঙবশিংগী।

قَالُوا يٰنُوحُ قَدْ جٰدَلْتَنَا فَاَكْثَرْتَ جِدَالَنَا فَاْتِنَا بِمَا تَعِدُنَاۤ اِنْ كُنْتَ مِنَ الصّٰدِقِيْنَ ۝٣٢

৩৪। মহাকনা হায়খি ঃ "অল্লাহতনা পুরক্কনি মদু নখোইদা. মহাকনা নীংলবদি. অমসুং নখোইনা ঙমলোই অরেম্বদা তাহনবা (অল্লাহগী অনীংবা)।

قَالَ اِنَّمَا يَاْتِيْكُمْ بِهِ اللّٰهُ اِنْ شَآءَ وَمَاۤ اَنْتُمْ بِمُعْجِزِيْنَ ۝٣٣

৩৫। "অদুগা ঐগী পাওতাকপনা কান্নবা পীররোই নখোইদা ঐনা ফনা (য়াম্না) পাওতাকনীংলবসু নখোইবু. অল্লাহনা নীংলবদি মাঙহনবিরগে হায়না নখোইবু। (কাওগনু) মহাক নখোইগী মপুনি অমসুং মহাক্কী মায়কৈদা নখোই হনজনগনি।"

وَلَا يَنْفَعُكُمْ نُصْحِيْۤ اِنْ اَرَدْتُّ اَنْ اَنْصَحَ لَكُمْ اِنْ كَانَ اللّٰهُ يُرِيْدُ اَنْ يُّغْوِيَكُمْ ؕ هُوَ رَبُّكُمْ ۫ وَاِلَيْهِ تُرْجَعُوْنَ ۝٣٤

৩৬। নত্ত্রগা মখোইনা হায়ব্রা ঃ "মহাকনা জাল তৌদুনা শেমখিবনি মদু?" হায়যু ঃ ঐনা জাল তৌদুনা শেমলবদি মদু, ঐ ওইসনু মরাল লৈবা ঃ অমসুং ঐ বদনাম চানঙাই (করিস্‌) লৈতে নখোইনা তৌবা মরালগী দমক্তি।

اَمْ يَقُوْلُوْنَ افْتَرٰىهُ ؕ قُلْ اِنِ افْتَرَيْتُهٗ فَعَلَيَّ اِجْرَامِيْ وَاَنَا بَرِيْٓءٌ مِّمَّا تُجْرِمُوْنَ ۝٣٥

৪ শুবা রুকূ

৩৭। অদুগা খঙহনবিখি নুহদা ফোংদোকপিদুনা ঃ "নংগী কাঙলুপকী মী কনামতা অচুম্বা থাজররোই নত্তনা হান্ননা থাজখ্রবশিংদু; মরমদুনা ৱাশিনগনু মখোইনা তৌবা (থবকশিং) গী;

وَاُوْحِيَ اِلٰى نُوْحٍ اَنَّهٗ لَنْ يُّؤْمِنَ مِنْ قَوْمِكَ اِلَّا مَنْ قَدْ اٰمَنَ فَلَا تَبْتَىِٕسْ بِمَا كَانُوْا يَفْعَلُوْنَ ۝٣٦

৩৮। "অমসুং শাও হীজাওদু ঐখোইগী মিৎয়েং মখাদা অমসুং ঐখোই (গী ৱাপাওনা য়াথংনবা মতুংইন্না), অমসুং ৱা ঙাঙগনু ঐঙোন্দা (ঙাকপিনবগী) অরানবা লম্বীনবশিংগী মরমদা। মখোই শোয়দনমক ঈরাক্লরগনি (ঈশিং ঈচাওদা)।"

وَاصْنَعِ الْفُلْكَ بِاَعْيُنِنَا وَوَحْيِنَا وَلَا تُخَاطِبْنِيْ فِي الَّذِيْنَ ظَلَمُوْا ۚ اِنَّهُمْ مُّغْرَقُوْنَ ۝٣٧

৩৯। অদুগা মহাকনা শাখি হীজাওদু; অমসুং মহাক্কী কাঙলুপকী মকোক ওইবশিংনা মহাকপু

وَيَصْنَعُ الْفُلْكَ ۫ وَكُلَّمَا مَرَّ عَلَيْهِ مَلَاٌ مِّنْ قَوْمِهٖ

থেংনবা মতম খুদিংদা, মখোইনা নোক্লখি মহাকপু। (অদুদা) মহাকনা হায়খি ঃ "নখোইনা (হৌজিক) নোক্লরবদি ঐখোইদা, (মতম লাক্লনি) ঐখোইনসু নোক্লবা নখোইদা নখোইনা নোক্লবগুম (হৌজিক)।

سَخِرُوْا مِنْهُ قَالَ اِنْ تَسْخَرُوْا مِنَّا فَاِنَّا نَسْخَرُ مِنْكُمْ كَمَا تَسْخَرُوْنَ ۝٣٨

৪০। "মরম অদুনা নখোইনা খঙগনি কনাগী মথক্তা ৱায়েল-চৈরাক লাকপা মদুনা চোপহন-বিগনি মহাকপু অমসুং মহাক্কী মথক্তা তাগনি মতম কুইনা লৈগদবা ৱায়েল-চৈরাক।"

فَسَوْفَ تَعْلَمُوْنَ مَنْ يَّاْتِيْهِ عَذَابٌ يُّخْزِيْهِ وَيَحِلُّ عَلَيْهِ عَذَابٌ مُّقِيْمٌ ۝٣٩

৪১। (অসুম্না নুহনা শাগৎখি হীজাওদু) অসি য়ৌবফাওবা—ঐখোইগী হুকুম লাকখ্রবদা অমসুং ঈফুৎশিংগী ঈশিং ৱা-ৱা-ৱা হাদোরকখ্রবদা (লেপ্তুনা নোং কন্না তাবগী মরম্না), ঐখোইনা হায়বিখি ঃ হাপকৎলু মদুগী মনুংদা অনি অনি (জীব) মখল খুদিংগী লাবা অমসুং অমোম, অমসুং নংগী ইমুংগী মীশিং, নত্তুনা (নিংঙাইজাওবশিং) মখোইদো মখোইবু (মাঙহন্নবগী) য়াথং হান্ননা পীখ্রবা অমসুং অচুম্বা থাজবশিংদো।" অদুগা (কনাসু) অচুম্বা থাজখিদে (অমসুং লৈমিন্নখিদে) মহাক্কা লোয়ননা (মী) খরা নত্তুনা।

حَتّٰٓى اِذَا جَآءَ اَمْرُنَا وَفَارَ التَّنُّوْرُ قُلْنَا احْمِلْ فِيْهَا مِنْ كُلٍّ زَوْجَيْنِ اثْنَيْنِ وَاَهْلَكَ اِلَّا مَنْ سَبَقَ عَلَيْهِ الْقَوْلُ وَمَنْ اٰمَنَ وَمَآ اٰمَنَ مَعَهٗٓ اِلَّا قَلِيْلٌ ۝٤٠

৪২। অদুগা মহাকনা হায়খি ঃ "(নখোই) তোংখৎলো মদুগী মনুংদা অল্লাহগী মমিংদা মসি চৎলি অমসুং মসি লেপই। ঐগী মপুদি তশেংবমক য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَقَالَ ارْكَبُوْا فِيْهَا بِسْمِ اللّٰهِ مَجْرٖىهَا وَمُرْسٰىهَا اِنَّ رَبِّيْ لَغَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ۝٤١

৪৩। অদুগা মদু অসুম হোন্দুনা চৎলম্মী মখোইবু পুদুনা ঈথক ঈপোম চীংগুম্বগী মরক্তা। অদুগা নুহনা কৌরকখি মহাক্কী মচা নিপাদা, মহাক লৈরম্মী তোঙান্না ঃ "হে ইচানিপা! তোংখৎলো (হীজাওসিদা) ঐখোইগা লোয়ননা অমসুং লৈমিন্নগনু ধর্ম্মচত্তবশিংগা।"

وَهِيَ تَجْرِيْ بِهِمْ فِيْ مَوْجٍ كَالْجِبَالِ وَنَادٰى نُوْحُ اِبْنَهٗ وَكَانَ فِيْ مَعْزِلٍ يّٰبُنَيَّ ارْكَبْ مَّعَنَا وَلَا تَكُنْ مَّعَ الْكٰفِرِيْنَ ۝٤٢

৪৪। মহাকনা পাওখুমখি ঃ "ঐ থুনা কাখৎলগনি চীং অমদা মদুনা কনবিগনি ঐবু ঈশিংদগী।" নুহনা হায়বিখি ঃ "(পারি ইবুঙো!) "থুপফম

قَالَ سَاٰوِيْٓ اِلٰى جَبَلٍ يَّعْصِمُنِيْ مِنَ الْمَآءِ قَالَ

لَا عَاصِمَ الْيَوْمَ مِنْ اَمْرِ اللّٰهِ اِلَّا مَنْ رَّحِمَ وَحَالَ بَيْنَهُمَا الْمَوْجُ فَكَانَ مِنَ الْمُغْرَقِيْنَ

অমতা লৈররোই ঙসিগী নুমিত্তা, অল্লাহগী হুকুমদগী, নত্তনা মহাকনা ঙাকপিবশিংদো।" অদুগা ঈথক অমা লাকখি মখোই অনিদুগী মরক্তা, মরমদুনা মহাক য়াওখ্রে মরক্তা ঈরাক্লখিবশিংগী।

وَقِيْلَ يٰۤاَرْضُ ابْلَعِيْ مَآءَكِ وَيٰسَمَآءُ اَقْلِعِيْ وَغِيْضَ الْمَآءُ وَقُضِيَ الْاَمْرُ وَاسْتَوَتْ عَلَى الْجُوْدِيِّ وَقِيْلَ بُعْدًا لِّلْقَوْمِ الظّٰلِمِيْنَ

৪৫। অদুগা (মহাপ্রলয়গী ঈশিং ঈচাওনা চীং তম খাক্তনা তরং ঈচেন্নখ্রবা মতুংদা য়াথং) অসি হায়বিখিঃ "হে পৃথিবী! য়োৎশল্লু নংগী ঈশিং, অমসুং হে সোরারেন! লেপলো (নোং হৈথবা)।" অদুগা ঈশিং হ্ন্থখ্রে অমসুং থৌদোকদু লোয়খ্রে, অমসুং (হীজাওদু) পোখাখ্রে অল-জুদী (কৌবা চীংথক) দা, অমসুং (য়াথং) অসি হায়বিখিঃ "সিরাপ ফংলসনু অরানবা লম্বীনবশিং!"

وَنَادٰى نُوْحٌ رَّبَّهٗ فَقَالَ رَبِّ اِنَّ ابْنِيْ مِنْ اَهْلِيْ وَاِنَّ وَعْدَكَ الْحَقُّ وَاَنْتَ اَحْكَمُ الْحٰكِمِيْنَ

৪৬। অদুগা নুহনা (মথম্মোইগী অৱাবা পুঙমদনা তীং শোক্লা) লাউজখি মহাক্কী মপুদা অমসুং হায়খিঃ "ঐগী মপুও! থাঙ্গৈশেংবমক ঐগী ইচা নিপাদু ঐগী ইমুংনি, অমসুং তশেংবমক নহাক্কী ৱাশকতি অচুম্বনি, অমসুং নহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না অচুম্বনি ৱায়েল্লাকপশিংগী।"

قَالَ يٰنُوْحُ اِنَّهٗ لَيْسَ مِنْ اَهْلِكَ اِنَّهٗ عَمَلٌ غَيْرُ صَالِحٍ فَلَا تَسْـَٔلْنِ مَا لَيْسَ لَكَ بِهٖ عِلْمٌ اِنِّيْۤ اَعِظُكَ اَنْ تَكُوْنَ مِنَ الْجٰهِلِيْنَ

৪৭। অল্লাহনা হায়বিখিঃ "হে নুহ! মহাক তশেংবমক নংগী ইমুংগী (মী) নত্তে; মহাক থাঙ্গৈমকশেংনা চুমদবা লীচৎ চৎপা (মী) নি। মরমদুনা হায়জগনু ঐঙোন্দা নংনা খঙদবগী মরমদা। ঐনা পাওতাকপিরি নংবু নত্তবদি নং ওইখিগনি (অমা) অপঙ্জাওবশিংগী (অপঙ-জাওবশিংতনা সঙ্গন তৌবনি ফত্তরম লম্বীন-বশিংগী)।"

قَالَ رَبِّ اِنِّيْۤ اَعُوْذُ بِكَ اَنْ اَسْـَٔلَكَ مَا لَيْسَ لِيْ بِهٖ عِلْمٌ وَاِلَّا تَغْفِرْ لِيْ وَتَرْحَمْنِيْۤ اَكُنْ مِّنَ الْخٰسِرِيْنَ

৪৮। মহাকনা হঙ্গৎচখিঃ "ঐগী মপুও! ঐনা নীজরি নংঙোন্দা ঙাকপিয়ু ঐবু হায়জ-নীজবদগী নংঙোন্দা ঐনা খঙদবগী মরমদা। অদুগা নহাকনা য়োনজ-কোকপিদ্রবদি ঐবু অমসুং লংজ-ঙাকপি-দ্রবদি ঐবু, ঐ তিনখ্রগনি মরক্তা অমাঙবা খোঙফম্নবশিংগী।"

قِيْلَ يٰنُوْحُ اهْبِطْ بِسَلٰمٍ مِّنَّا وَبَرَكٰتٍ عَلَيْكَ وَ

৪৯। (ঈশিং হ্ন্থখ্রবা মতমদা য়াথং) অসি

عَلَىٰٓ أُمَمٍ مِّمَّن مَّعَكَ ۚ وَأُمَمٌ سَنُمَتِّعُهُمْ ثُمَّ يَمَسُّهُم مِّنَّا عَذَابٌ أَلِيمٌ ۝٤٩

তাকপিখি : "হে নুহ! নং (হৌজিক) কুমথরো অঙ্গংবগা লোয়ননা ঐখোইদগী অমসুং য়াইফবা ওইসনু নংগী নথক্তা অমসুং (অতৈ অতোপ্পা) মীশিংগী মথক্তা (পোকলক্কদৌরিবা) নংগা লোয়নবশিংনা। অদুগা (অতোপ্পা) মীশিং লৈগনি মখোইবু ঐখোইনা পীবিগনি মচিঞ্জাক (মতম খরগী), অদুগী তুংদা (মখোইনা ফত্তরম লম্বীনবগী) লাঙ্গোয় চনগনি মখোইবু ঐখোইগী মায়কৈদগী অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাকনা।

تِلْكَ مِنْ أَنۢبَآءِ ٱلْغَيْبِ نُوحِيهَآ إِلَيْكَ ۖ مَا كُنتَ تَعْلَمُهَآ أَنتَ وَلَا قَوْمُكَ مِن قَبْلِ هَٰذَا ۖ فَٱصْبِرْ ۖ إِنَّ ٱلْعَٰقِبَةَ لِلْمُتَّقِينَ ۝٤٩

৫০। মসি পাওজেন্নি উদবগী মদু ঐখোইনা ফোংদোকপিরি নংঙোন্দা। নংনা খঙহৌদে মখোইবু, নং নত্তগা নংগী মীশিংনসু (খঙহৌদে মখোইবু), মসিগী মমাংদা। মরমদুনা নং অখাংকল্লু। থাঙ্গৈশেংবমক (অফবা) পোল্লোইদি ধর্ম্ম কায়দবশিংগীনি।

৫ শুবা রুকূ

وَإِلَىٰ عَادٍ أَخَاهُمْ هُودًا ۚ قَالَ يَٰقَوْمِ ٱعْبُدُوا۟ ٱللَّهَ مَا لَكُم مِّنْ إِلَٰهٍ غَيْرُهُۥٓ ۖ إِنْ أَنتُمْ إِلَّا مُفْتَرُونَ ۝٥٠

৫১। অদুগা আদ (কাঙলুপ) দা (ঐখোইনা থাবিখি) মখোইগী মচিন মনাও হুদ (কৌব) বু। মহাকনা হায়খি : "হে ঐগী কাঙলুপ! অল্লাহগী বন্দগী তৌ; লৈতে নখোইগী চীঙু লাই কনামতা মহাক নত্তনা। (নখোইগী খোয়ম লাইশিংদু)নখোইনা মীনম্বা শাগৎপা ঙাকনি।

يَٰقَوْمِ لَآ أَسْـَٔلُكُمْ عَلَيْهِ أَجْرًا ۖ إِنْ أَجْرِىَ إِلَّا عَلَى ٱلَّذِى فَطَرَنِىٓ ۚ أَفَلَا تَعْقِلُونَ ۝٥١

৫২। "হে ঐগী কাঙলুপ! ঐনা হায়দে নখোইদা মনা-মথিন পীয়ু (ঐগী পাওজেনগী)। ঐগী মনা-মথিনদি লৈ ঐবু শেম্বিবা (মপু) মহাকমক্তনা। নখোইবু খঙলরোইদ্রা?

وَيَٰقَوْمِ ٱسْتَغْفِرُوا۟ رَبَّكُمْ ثُمَّ تُوبُوٓا۟ إِلَيْهِ يُرْسِلِ ٱلسَّمَآءَ عَلَيْكُم مِّدْرَارًا وَيَزِدْكُمْ قُوَّةً إِلَىٰ قُوَّتِكُمْ وَلَا تَتَوَلَّوْا۟ مُجْرِمِينَ ۝٥٢

৫৩। "হে ঐগী কাঙলুপ! হায়জ-নীজৌ অয়োন-অরান ঙাকপিননবগী নখোইগী মপুদা, মরমদুনা নপুকনিং হোংঙু মঙোন্দা, মহাকনা তাহনবিরক্কনি নোং ঈশিং মরাংকায়না, অমসুং হেনগৎহনবিগনি নখোইগী (লৈজরিবা) নপাঙ্গলগী মথক্তা (অনৌবা) নপাঙ্গল অমসুং নমায় ওথোক্কনু মঙোন্দগী, ওইদুনা পাপীশিং।"

৫৪। মখোইনা হায়খি ঃ "হে হূদ! নংনা পুরক্তে ঐখোইদা তশেংবা দলিল অমতা (নংগী পাওজেনগী), অমসুং ঐখোইনা থাদোকলোই ঐখোইগী খোয়ম লাইশিং নংনা হেক্তমক হায়রগা, নত্তগা ঐখোই ওইরোই অচুম্বা থাজবশিং নংঙোন্দা।

قَالُوْا يٰهُوْدُ مَا جِئْتَنَا بِبَيِّنَةٍ وَّمَا نَحْنُ بِتَارِكِيْٓ اٰلِهَتِنَا عَنْ قَوْلِكَ وَمَا نَحْنُ لَكَ بِمُؤْمِنِيْنَ ۝٥٣

৫৫। ঐখোইনা হায়নীংই (নংঙোন্দা) মদুদি ঐখোইগী খোয়ম লাই খরনা থাবিরকখ্রে নংঙোন্দা ফত্তবা (নংনা হৌন-লীচৎ কায়বগী মখোইদা)। মহাকনা পাওখুমখি ঃ তশেংবমক ঐনা কৌজে অল্লাহবু সাক্ষী ওইবিনবগী অমসুং নখোইসু সাক্ষী ওইয়ু মদুদি ঐনা থাদোকচে নখোইনা শরুক য়ামিন্নবশিংনি হায়জিনবদু (অল্লাহদা)—

اِنْ نَّقُوْلُ اِلَّا اعْتَرٰىكَ بَعْضُ اٰلِهَتِنَا بِسُوْٓءٍ ؕ قَالَ اِنِّيْٓ اُشْهِدُ اللّٰهَ وَاشْهَدُوْٓا اَنِّيْ بَرِيْٓءٌ مِّمَّا تُشْرِكُوْنَ ۝٥٤

৫৬। মহাক নত্তনা। মরম অদুনা থৌরাং (তৌনীংবতা) তৌজৌ ঐগী মায়োক্তা, (নখোই) পুম্নমক্না, অমসুং ঐঙোন্দা মতম য়েথোক্কনু।

مِنْ دُوْنِهٖ فَكِيْدُوْنِيْ جَمِيْعًا ثُمَّ لَا تُنْظِرُوْنِ ۝٥٥

৫৭। ঐনা তশেংবমক আশা তৌজে অল্লাহদা, ঐগী মপুনি অমসুং নখোইগীসু মপুনি। জীব অমতা লৈতে (মালেমথক্তা) তৌইগুম্বসুং মহাকনা পায়শিল্লি মাগী লুমাংগী শমদোং। থাঙ্গেশেংবমক, ঐগী মপুদি (লেপ্পনি) অচুম্বা লম্বীদা।

اِنِّيْ تَوَكَّلْتُ عَلَى اللّٰهِ رَبِّيْ وَرَبِّكُمْ ؕ مَا مِنْ دَآبَّةٍ اِلَّا هُوَ اٰخِذٌۢ بِنَاصِيَتِهَا ؕ اِنَّ رَبِّيْ عَلٰى صِرَاطٍ مُّسْتَقِيْمٍ ۝٥٦

৫৮। নখোইনা মসিগী মতুংদা নমায় ওন্থোকলবদি, ঐনা তশেংনমক লাউথোকচখ্রে নখোইদা মদুগা লোয়ননা ঐবু থাবিরকখিবদু নখোইদা। অদুগা (নখোইনা পররা তৌদ্রবদি) ঐগী মপুনা পুশল্লক্কনি অতোপ্পা (মী) কাঙলুপ অমা নখোইগী নফমদা, অমসুং নখোইনা ঙমলোই অমাঙ-অতা করিমতা ফাওবা থোকহনবা মহাকপু। থাঙ্গেশেংবমক ঐগী মপুদি ঙাকশেনবি-হৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী।

فَاِنْ تَوَلَّوْا فَقَدْ اَبْلَغْتُكُمْ مَّآ اُرْسِلْتُ بِهٖٓ اِلَيْكُمْ ؕ وَيَسْتَخْلِفُ رَبِّيْ قَوْمًا غَيْرَكُمْ ۚ وَلَا تَضُرُّوْنَهٗ شَيْـًٔا ؕ اِنَّ رَبِّيْ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ حَفِيْظٌ ۝٥٧

৫৯। অদুগা ঐখোইগী হুকুম লাকখ্রবা মতমদা, ঐখোইনা কনবিখি হূদবু অমসুং মহাক্কা লোয়ননা অচুম্বা থাজখিবশিংবু ঐখোইগী(*থাইদোকপা)

وَلَمَّا جَآءَ اَمْرُنَا نَجَّيْنَا هُوْدًا وَّالَّذِيْنَ اٰمَنُوْا مَعَهٗ

بِرَحْمَةٍ مِّنَّا وَنَجَّيْنَاهُم مِّنْ عَذَابٍ غَلِيظٍ ﴿٥٨﴾

ঙাকপিহৈবনা। অদুগা ঐখোইনা কনবিখি মখোইবু শাথীবা রায়েল-চৈরাক্তগী।

وَتِلْكَ عَادٌ جَحَدُوا بِآيَاتِ رَبِّهِمْ وَعَصَوْا رُسُلَهُ وَاتَّبَعُوا أَمْرَ كُلِّ جَبَّارٍ عَنِيدٍ ﴿٥٩﴾

৬০। অদুগা মখোইসি ওইরম্মী আদ। মখোইনা য়াখিদে পাওজেনশিং মখোইগী মপুগী অমসুং ইনখিদে মহাক্কী রসুলশিংনা হায়বদা অমসুং ইনখি ময়াথং থকশি খাশি নাইদবা (অচুম্বগী) য়েক্লবা খুদিংগী।

وَأُتْبِعُوا فِي هَٰذِهِ الدُّنْيَا لَعْنَةً وَيَوْمَ الْقِيَامَةِ ۗ أَلَا إِنَّ عَادًا كَفَرُوا رَبَّهُمْ ۗ أَلَا بُعْدًا لِّعَادٍ قَوْمِ هُودٍ ﴿٦٠﴾

৬১। অদুগা সিরাপ অমনা তুং ইনহনবিখি মখোইবু হন্দক্কী মপোক্তা, অমসুং কিয়ামত নুমিত্তা (সু)। য়েংউ! আদশিংনা নিন্দা তৌখি মখোইগী মপুদা। য়েংউ! সিরাপ তৌবিখ্রে আদশিং হূদকী মীশিংবু।

৬ শুবা রুকূ

وَإِلَىٰ ثَمُودَ أَخَاهُمْ صَالِحًا ۚ قَالَ يَا قَوْمِ اعْبُدُوا اللَّهَ مَا لَكُم مِّنْ إِلَٰهٍ غَيْرُهُ ۖ هُوَ أَنشَأَكُم مِّنَ الْأَرْضِ وَاسْتَعْمَرَكُمْ فِيهَا فَاسْتَغْفِرُوهُ ثُمَّ تُوبُوا إِلَيْهِ ۚ إِنَّ رَبِّي قَرِيبٌ مُّجِيبٌ ﴿٦١﴾

৬২। অদুগা সমূদ (কাঙলুপ)দা (ঐখোইনা থাবিখি) মখোইগী মচিন মনাও সালিহ (কৌব)বু। মহাকনা হায়খিঃ "হে ঐগী কাঙলুপ! অল্লাহগী বন্দগী তৌ, লৈতে নখোইগী চীঙ্ড লাই কনামতা মহাক নত্তনা। মহাকনা পুথোকপিখি নখোইবু পৃথিবীদগী অমসুং পীখি নখোইদা লৈফম মদুগী মনুংদা। মরমদুনা হায়জ-নীজৌ অয়োন্-অরান ঙাকপিনবগী মহাকনা, অদুগী তুংদা নপুকনিং হোংঙু মঙোন্দা থাঙ্গৈশেংবমক ঐগী মপুদি (মতম-পুম্বদা) নক্লা লৈ (অমসুং) পাওখুম্বি (নীজবা পুম্নমক)।"

قَالُوا يَا صَالِحُ قَدْ كُنتَ فِينَا مَرْجُوًّا قَبْلَ هَٰذَا ۖ أَتَنْهَانَا أَن نَّعْبُدَ مَا يَعْبُدُ آبَاؤُنَا وَإِنَّنَا لَفِي شَكٍّ مِّمَّا تَدْعُونَا إِلَيْهِ مُرِيبٍ ﴿٦٢﴾

৬৩। মখোইনা হায়খিঃ "হে সালিহ! নংসে ঐখোইগী ইরক্তা আশা তৌনঙাই ওইরম্বনি। করি! নংনা থিংব্রা ঐখোইবু ঈরাৎ পুজা তৌবা ঐখোইগী পা-পুশিংনা ঈরাৎ পুজা তৌখিবদু? অদুগা ঐখোই তশেংনমক চিংনৈ নংনা (চৎহন-গদৌবগী) বারতোন তৌরিবদু ঐখোইবু।"

قَالَ يَا قَوْمِ أَرَأَيْتُمْ إِن كُنتُ عَلَىٰ بَيِّنَةٍ مِّن رَّبِّي

৬৪। মহাকনা হায়খিঃ "হে ঐগী কাঙলুপ! ঐসে তশেংবা দলিল ফংলবনি ঐগী মপুদগী অমসুং

وَاٰتٰىنِيْ مِنْهُ رَحْمَةً فَمَنْ يَّنْصُرُنِيْ مِنَ اللّٰهِ اِنْ عَصَيْتُهٗ فَمَا تَزِيْدُوْنَنِيْ غَيْرَ تَخْسِيْرٍ ﴿٦٣﴾

মহাকনা পীবি ঐঙোন্দা ঙাকাপিবা মহাক্কী মায়-কৈদগী, (মরমসিনা) কনানা কনবিগনি ঐবু অল্লাহদগী, ঐনা য়াথং হীকতোকলবদি মহাক্কী? মরমদুনা নখোইনা হাপচল্লকপদা তাগনি ঐগী অমাঙবা।

وَيٰقَوْمِ هٰذِهٖ نَاقَةُ اللّٰهِ لَكُمْ اٰيَةً فَذَرُوْهَا تَاْكُلْ فِيْٓ اَرْضِ اللّٰهِ وَلَا تَمَسُّوْهَا بِسُوْٓءٍ فَيَاْخُذَكُمْ عَذَابٌ قَرِيْبٌ ﴿٦٤﴾

৬৫। "অদুগা হে ঐগী কাঙলুপ! মসি অল্লাহগী উট অমোমনি, খুদম অমা ওইনা নখোইগী দমক্তা; মরমদুনা মাবু (মনীং তম্না) শজিক চাহল্লু অল্লাহগী মালেমদা, অমসুং তৌগনু অমাঙবা মঙোন্দা, নত্তবদি অনকপা রায়েল চৈরাকনা লাঙ্গোয় চনখিনি নখোইবু।"

فَعَقَرُوْهَا فَقَالَ تَمَتَّعُوْا فِيْ دَارِكُمْ ثَلٰثَةَ اَيَّامٍ ۗ ذٰلِكَ وَعْدٌ غَيْرُ مَكْذُوْبٍ ﴿٦٥﴾

৬৬। মদুগী হেক মতুং তাবদা মখোইনা মাঁফেগল কক্কুনা মখোঙ তেকহনবিখি মাবু; মতমদুদা মহাকনা হায়খি: "নখোই (পেন্না) নুংঙাইজহৌ নয়ুমশিংদা নুমিৎ হুমনিদং। মসি (অরোয়বগী) রাশকনি মীনম্বা হায়জিনবা নত্তে।"

فَلَمَّا جَآءَ اَمْرُنَا نَجَّيْنَا صٰلِحًا وَّالَّذِيْنَ اٰمَنُوْا مَعَهٗ بِرَحْمَةٍ مِّنَّا وَمِنْ خِزْيِ يَوْمِئِذٍ ۗ اِنَّ رَبَّكَ هُوَ الْقَوِيُّ الْعَزِيْزُ ﴿٦٦﴾

৬৭। মরমদুনা ঐখোইগী হুকুম লাকখ্রবা মতমদা, ঐখোইনা কনবিখি সালিহবু অমসুং মহাক্কা লোয়ননা অচুম্বা থাজখিবশিংদো ঐখোইগী (থোইদোকপা) ঙাখপিহৈবনা, অমসুং (ঐখোইনা কনবিখি) মখোইবু বে-ইজ্জতীদগী নুমিৎ অদুগী। থাঙ্গৈশেংবমক, নংগী মপুদি শক্তি লৈবনি, পাঙ্গলবনি।

وَاَخَذَ الَّذِيْنَ ظَلَمُوا الصَّيْحَةُ فَاَصْبَحُوْا فِيْ دِيَارِهِمْ جٰثِمِيْنَ ﴿٦٧﴾

৬৮। রায়েল-চৈরাকনা খংফা-কাখি অরানবা লম্বীনবশিংবু, মরম অদুনা মখোই উপ্লা-উপ্লা ভারম্মী মখোইগী ময়ুমশিংদা,

كَاَنْ لَّمْ يَغْنَوْا فِيْهَا ۗ اَلَآ اِنَّ ثَمُوْدَا۠ كَفَرُوْا رَبَّهُمْ ۗ اَلَا بُعْدًا لِّثَمُوْدَ ﴿٦٨﴾

৬৯। মখোই কদৌঙৈদসু লৈরমখিদবগুম্না মদুগী মনুংদা। য়েংউ! সমূদশিংনা নিন্দা তৌখি মখোইগী মপুদা। য়েংউ সিরাপ তৌবিখ্রে সমূদশিং।

৭ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ جَآءَتْ رُسُلُنَآ اِبْرٰهِيْمَ بِالْبُشْرٰى قَالُوْا سَلٰمًا

৭০। অদুগা তশেংবমক লাকখি ঐখোইগী

قَالَ سَلٰمٌ فَمَا لَبِثَ اَنْ جَآءَ بِعِجْلٍ حَنِيْذٍ ﴿٦٩﴾

পাওপুবশিং ইব্রাহীমদা লোয়ননা হরাওবা পাওশিংগা। মখোইনা হায়খি ঃ 'সলাম!' মহাকনা পাওখুমখি ঃ 'সলাম!' অমসুং থিন্দনা পুথোরকখি ষণনাওগী অতাওবা শা।

فَلَمَّا رَاٰۤ اَيْدِيَهُمْ لَا تَصِلُ اِلَيْهِ نَكِرَهُمْ وَاَوْجَسَ مِنْهُمْ خِيْفَةً ۚ قَالُوْا لَا تَخَفْ اِنَّاۤ اُرْسِلْنَاۤ اِلٰى قَوْمِ لُوْطٍ ﴿٧٠﴾

৭১। তৌইগুম্বসুং মহাকনা উখিবদা মখোইগী মখুৎশিং লামথোক্তবা (খানা) অদুদা, মহাকনা চিংনবা পোকখি মখোইবু অমসুং কিনা তৌখি মখোইবু। (মহাক্কী মওং মতাদুদা) মখোইনা হায়খি ঃ "কিগনু, তশেংবমক ঐখোইবু থারকপনি লূতকী মীশিংদা।"

وَامْرَاَتُهٗ قَآئِمَةٌ فَضَحِكَتْ فَبَشَّرْنٰهَا بِاِسْحٰقَ ۙ وَمِنْ وَّرَآءِ اِسْحٰقَ يَعْقُوْبَ ﴿٧١﴾

৭২। অদুগা মহাক্কী বীবীদু লেপলম্মী (নক্লনা) অমসুং মহাক (সু) চরাংনরম্মী, ঐখোইনা হরাওবা পাও তমখিবদা (মহাক পোক্কনি মচানিপা) ইসহাক, অমসুং মতুংদা ইসহাক্কী (পোক্কনি) য়াকুব।

قَالَتْ يٰوَيْلَتٰۤى ءَاَلِدُ وَاَنَا عَجُوْزٌ وَّهٰذَا بَعْلِىْ شَيْخًا ؕ اِنَّ هٰذَا لَشَىْءٌ عَجِيْبٌ ﴿٧٢﴾

৭৩। (বীবী) মহাকনা হায়খি ঃ "হো ইমাই-পেম্মা! ঐবু পোকখিগদ্রনে ইচানিপা অমা ঐনা হনুবী ওইরগা, অমসুং ঐগী নিপাসু হনুবা (মী শোন) ওইরগা? মসি তশেংবমক অঙকপা রা অমনি।"

قَالُوْۤا اَتَعْجَبِيْنَ مِنْ اَمْرِ اللّٰهِ رَحْمَتُ اللّٰهِ وَبَرَكٰتُهٗ عَلَيْكُمْ اَهْلَ الْبَيْتِ ؕ اِنَّهٗ حَمِيْدٌ مَّجِيْدٌ ﴿٧٣﴾

৭৪। মখোইনা হায়খি ঃ "নংবু ঙকপ্রনে অল্লাহগী হুকুমদা? অল্লাহগী ঙাকপিবা অমসুং য়াইফখোল লৈ নখোইগী নথক্তা, হে ইমুংসিগী মীশিং! থাজৈশেংবমক মহাক্তি থাগৎপদা মতিকচাবনি, মতিক মঙাল চাওবনি।"

فَلَمَّا ذَهَبَ عَنْ اِبْرٰهِيْمَ الرَّوْعُ وَجَآءَتْهُ الْبُشْرٰى يُجَادِلُنَا فِىْ قَوْمِ لُوْطٍ ﴿٧٤﴾

৭৫। মরমদুনা অকিবা লৈরম্বদু চৎখ্রবদা ইব্রাহীমদগী অমসুং হরাওবা পাও থুংখ্রবদা মঙোন্দা, মহাকনা হৌখি চীন্দান্নবা ঐখোইগা লূতকী মীশিংগী মরমদা।

اِنَّ اِبْرٰهِيْمَ لَحَلِيْمٌ اَوَّاهٌ مُّنِيْبٌ ﴿٧٥﴾

৭৬। তশেংবমক ইব্রাহীমদো মপুক লাকপা ঙম্বনি, মথম্মোই থোৎপনি (অমসুং) তোয়না ওনশনবনি (অল্লাহদা)।

৭৭। (য়াথংসি তাকপিখি ঃ) "হে ইব্রাহীম! মসি তোকথোকলো। তশেংবমক, নংগী মপুগী য়াথং থোকখ্রবনি অমসুং শোয়দনমক লাকলগনি মখোইদা রায়েল-চৈরাক অমা মদু য়াররোই থিংবা।

يَٰٓإِبْرَٰهِيمُ أَعْرِضْ عَنْ هَٰذَآ إِنَّهُۥ قَدْ جَآءَ أَمْرُ رَبِّكَ وَإِنَّهُمْ ءَاتِيهِمْ عَذَابٌ غَيْرُ مَرْدُودٍ ﴿٧٦﴾

৭৮। অদুগা ঐখোইগী দূতশিংনা লাকখিবদা লূতদা, মহাক অরাবা চাখি মখোইগী মরমগীদমক অমসুং মহাক করি তৌনঙাই লৈখিদে মখোইবু ঙাক্লবগী, অমসুং হায়খি ঃ "মসি শাথীনা রাবগী নুমিৎনি।"

وَلَمَّا جَآءَتْ رُسُلُنَا لُوطًا سِيٓءَ بِهِمْ وَضَاقَ بِهِمْ ذَرْعًا وَقَالَ هَٰذَا يَوْمٌ عَصِيبٌ ﴿٧٧﴾

৭৯। অদুগা মহাক্কী মীশিংনা (শাউবনা মৈ থোক্লা) চেন্না-চেন্না লাকখি মহাক্কী মনাক্তা; অমসুং মসিগী মমাংদ(সু) মখোইনা তৌখি মশিঞ্জাং ওইনা ফত্তবা থবকশিং (লূতদা)। মহাকনা হায়খি ঃ "হে ঐগী কাঙলুপ! মখোইসি ঐগী ইচা নুপীশিংনি (লৌবিয়ু মখোইবু জামিন ওইনা মুসাফিরশিং অসিগী); মখোইনা শেংবা (অমসুং ফবা) হেনগনি নখোইগীদমক। মরম অদুনা কিয়ু অল্লাহবু অমসুং ঐবু ঈকাইহনগনু ঐগী অতিথিশিংগী মমাংদা (ঐ থমজগে মখোইবু)। নখোইগী নরক্তা পুকচেন শেংবা মী অমতা য়াওদ্রব্রা?

وَجَآءَهُۥ قَوْمُهُۥ يُهْرَعُونَ إِلَيْهِ وَمِن قَبْلُ كَانُوا۟ يَعْمَلُونَ ٱلسَّيِّـَٔاتِ قَالَ يَٰقَوْمِ هَٰٓؤُلَآءِ بَنَاتِى هُنَّ أَطْهَرُ لَكُمْ فَٱتَّقُوا۟ ٱللَّهَ وَلَا تُخْزُونِ فِى ضَيْفِىٓ أَلَيْسَ مِنكُمْ رَجُلٌ رَّشِيدٌ ﴿٧٨﴾

৮০। (মীশিং) মখোইনা হায়খি ঃ "তশেংনমক নংনা খঙই ঐখোইগী দাবী করিসু লৈতে নচা নুপীশিংগী মথক্তা, অমসুং নংনা শোয়দনমক খঙই ঐখোইনা করি পাম্বা।"

قَالُوا۟ لَقَدْ عَلِمْتَ مَا لَنَا فِى بَنَاتِكَ مِنْ حَقٍّ وَإِنَّكَ لَتَعْلَمُ مَا نُرِيدُ ﴿٧٩﴾

৮১। মহাকনা হায়খি ঃ "আঃ ঐগী পাঙ্গল লৈরমলবদিকো থিংবা ঙম্বগী নখোইবু, নত্রগা ঐনা চঙজগনি মপাঙ্গল-লৈবা তেংবাংবা অমদা (কনবিনবগী)।"

قَالَ لَوْ أَنَّ لِى بِكُمْ قُوَّةً أَوْ ءَاوِىٓ إِلَىٰ رُكْنٍ شَدِيدٍ ﴿٨٠﴾

৮২। (দূতশিংনা) হায়খি ঃ "হে লূত! ঐখোই দূতশিংনি নংগী মপুগী। মখোইনা করিসু ঙমলোই

قَالُوا۟ يَٰلُوطُ إِنَّا رُسُلُ رَبِّكَ لَن يَصِلُوٓا۟ إِلَيْكَ فَأَسْرِ

بِأَهْلِكَ بِقِطْعٍ مِّنَ الَّيْلِ وَلَا يَلْتَفِتْ مِنكُمْ أَحَدٌ إِلَّا امْرَأَتَكَ إِنَّهُ مُصِيبُهَا مَا أَصَابَهُمْ إِنَّ مَوْعِدَهُمُ الصُّبْحُ أَلَيْسَ الصُّبْحُ بِقَرِيبٍ ۝

মখুৎশিং লামথোরকপা নংঙোন্দা। মরমদুনা চৎখরো নংগী মীশিংগা লোয়ননা অহিং তাংলৌদা, অমসুং নখোই কনামতা য়েংগনু তুংরোমদা (চিথহৌবশিংগী ৱাখল তৌদুনা), তৌইগুম্বসুং নংগী মলিকহদি (তুংদা লৈথহৌর-গনি)। শোয়দনমক মখোইদা থোক্কদবা ( দশা যুমথুং) দু থোক্কনি মঙোন্দ (সু)। থাঙ্গৈশেংবমক, মখোইগী (ৱায়েল-চৈরাক্কী) লেপখিবা মতমদি ইনুং ঙাম্লকপদনি। নোং-ঙাম্লকদবসিবু নক্তরিব্রা ?''

فَلَمَّا جَاءَ أَمْرُنَا جَعَلْنَا عَالِيَهَا سَافِلَهَا وَأَمْطَرْنَا عَلَيْهَا حِجَارَةً مِّن سِجِّيلٍ مَّنضُودٍ ۝

৮৩। মরমদুনা ঐখোইগী হুকুম লাকখ্রবা মতমদা, ঐখোইনা মথক-মখা ওন্থোকপিখি (শহরদু) অমসুং ঐখোইনা হৈথবিখি মদুগী মথক্তা নুং মতুমশিং, মরোন মরোন।

مُّسَوَّمَةً عِندَ رَبِّكَ وَمَا هِيَ مِنَ الظَّالِمِينَ بِبَعِيدٍ ۝

৮৪। থায়দোক্পুনা থমখ্রবনি (ৱায়েল-চৈরাক্কী-দমক) নংগী মপুগী মনাক্তা। অদুগা অসিগুম্বা (ৱায়েল-চৈরাকসি) লাপ্পা লৈতে অরানবা লম্বীনবশিংদগী (হৌজিক কালগী)।

৮ শুবা রুকু

وَإِلَىٰ مَدْيَنَ أَخَاهُمْ شُعَيْبًا قَالَ يَا قَوْمِ اعْبُدُوا اللَّهَ مَا لَكُم مِّنْ إِلَٰهٍ غَيْرُهُ وَلَا تَنقُصُوا الْمِكْيَالَ وَالْمِيزَانَ إِنِّي أَرَاكُم بِخَيْرٍ وَإِنِّي أَخَافُ عَلَيْكُمْ عَذَابَ يَوْمٍ مُّحِيطٍ ۝

৮৫। অদুগা মডয়ন (শিং) দা (ঐখোইনা থাবিখি) মখোইগী মচিন মনাও শুঐব (কৌব) বু। মহাকনা হায়খি ঃ ''হে ঐগী কাঙলুপ! অল্লাহগী বন্দগী তৌ, লৈতে চীঙ্গু লাই কনামতা মহাক নত্তনা। অদুগা ৱাৎনা নাপ তৌগনু অমসুং হন্থনা খল ওনগনু। তশেংবমক ঐনা উই নখোই নুংঙাই-য়াইফবা (ফম্বৈনবা), তৌইগুম্বসুং ঐনা কিবি নখোইনা লাংথুনগদবদু ৱায়েল-চৈরাক্তা মাঙ-তাক্লবগী মশক ওইবা নুমিৎ অমদা।

وَيَا قَوْمِ أَوْفُوا الْمِكْيَالَ وَالْمِيزَانَ بِالْقِسْطِ وَلَا تَبْخَسُوا النَّاسَ أَشْيَاءَهُمْ وَلَا تَعْثَوْا فِي الْأَرْضِ مُفْسِدِينَ ۝

৮৬। "অদুগা হে ঐগী কাঙলুপ! পুরা নাপ তৌ অমসুং পুরা রজন তৌ অচুম্বগা লোয়ননা অমসুং নমথাক তৌগনু মীগী তোল্লিবা পোৎশিংগী অমসুং তৌগনু অমোৎপা মালেমথক্তা, অমাঙবা থোকহন্দুনা।

৮৭। "(মীগী পীক্ষম থোকপা পীখ্রগা) নখোইদা অল্লাহনা লেমহনবিহৌবা অদুনা ফবা হেল্লি নখোইগীদমক্তা, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা থাজবশিং। অদুগা ঐ নত্তে পান্নরিবা মী নখোইগী নথক্তা।"

بَقِيَّتُ اللّٰهِ خَيْرٌ لَّكُمْ اِنْ كُنْتُمْ مُّؤْمِنِيْنَ ۚ وَمَآ اَنَا عَلَيْكُمْ بِحَفِيْظٍ ۝٨٧

৮৮। মখোইনা পাওখুমখিঃ "হে শুঐব! নংগী নমাজনা য়াথংনব্রা নংবু মদুদি ঐখোইনা থাদোক্কদবনি ঐখোইগী প্রম-প্রানা ঈরাৎ পূজা তৌরম্বদু নত্ত্রগা ঐখোইনা খুশি তৌরোইদবনি ঐখোইগী লন-থুম? নংদি তশেংনমক নপুক লাকপা ওম্বনি, নপুকচেন শেংবনি।"

قَالُوْا يٰشُعَيْبُ اَصَلٰوتُكَ تَاْمُرُكَ اَنْ نَّتْرُكَ مَا يَعْبُدُ اٰبَآؤُنَآ اَوْ اَنْ نَّفْعَلَ فِيْٓ اَمْوَالِنَا مَا نَشٰٓؤُا ۗ اِنَّكَ لَاَنْتَ الْحَلِيْمُ الرَّشِيْدُ ۝٨٨

৮৯। মহাকনা হায়খিঃ "হে ঐগী কাঙলুপ! উদব্রা নখোই ঐবু ফংদব্রা তশেংবা দলিল ঐগী মপুদগী, অমসুং মহাকনা পীবি ঐঙোন্দা অফবা (অমসুং অশেংবা) চিঞ্জাক (অমসুং ঐনা মুন্না খঙই অচুম্বনা করম্বনো তারানবনা করম্বনো হায়বা)। অদুগা ঐনা তৌবা পামদে নখোইগী মায়োক্তা থবকদু মদু ঐনা থিংলগা নখোইবু তৌনু হায়না। ঐনা করিসু পামদে ফগৎহনবা নত্তনা (নখোইবু) ঐনা ঙম্বমখে হোৎনদুনা। অদুগা ঐগী পাঙ্গল করিসু লৈতে অল্লাহদগী নত্তনা। মহাকপু ঐনা আশা তৌজে অমসুং মহাক্কী মায়কৈদা ঐনা ওনশনজে।

قَالَ يٰقَوْمِ اَرَءَيْتُمْ اِنْ كُنْتُ عَلٰى بَيِّنَةٍ مِّنْ رَّبِّيْ وَرَزَقَنِيْ مِنْهُ رِزْقًا حَسَنًا ۗ وَمَآ اُرِيْدُ اَنْ اُخَالِفَكُمْ اِلٰى مَآ اَنْهٰىكُمْ عَنْهُ ۗ اِنْ اُرِيْدُ اِلَّا الْاِصْلَاحَ مَا اسْتَطَعْتُ ۗ وَمَا تَوْفِيْقِيْٓ اِلَّا بِاللّٰهِ ۗ عَلَيْهِ تَوَكَّلْتُ وَاِلَيْهِ اُنِيْبُ ۝٨٩

৯০। "অদুগা হে ঐগী কাঙলুপ! ঐবু কল্লক-য়েংথীবনা নখোই মরাল লৈবা ওইদসনু অদুনা নখোইদা থোক্তনবা (হায়না) থোকখিব-গুম্না নূহগী মীশিংদা নত্ত্রগা হূদকী মীশিংদা নত্ত্রগা সালিহগী মীশিংদা; অমসুং লুতকী মীশিং (মখোইদু) পংলাপ-লাপতে নখোইদগী (মতমদা অমসুং লৈফমদা)।"

وَيٰقَوْمِ لَا يَجْرِمَنَّكُمْ شِقَاقِيْٓ اَنْ يُّصِيْبَكُمْ مِّثْلُ مَآ اَصَابَ قَوْمَ نُوْحٍ اَوْ قَوْمَ هُوْدٍ اَوْ قَوْمَ صٰلِحٍ ۗ وَمَا قَوْمُ لُوْطٍ مِّنْكُمْ بِبَعِيْدٍ ۝٩٠

৯১। অমসুং হায়জ-চৎচা তৌ অয়োন-অরান ঙাকপিনবগী নখোইগী মপুদা, অদুগী তুংদা নপুকনিং হোংঙু মঙোন্দা। থাঙ্গৈশেংবমক, ঐগী

وَاسْتَغْفِرُوْا رَبَّكُمْ ثُمَّ تُوْبُوْٓا اِلَيْهِ ۗ اِنَّ رَبِّيْ رَحِيْمٌ

وَدُوْدٌ ۝٩٠

মপুদি লংজ-ঙাকপিহৈবনি, খ্বাইদগী হেন্না নুংশি-হৈবনি।

قَالُوْا يٰشُعَيْبُ مَا نَفْقَهُ كَثِيْرًا مِّمَّا تَقُوْلُ وَاِنَّا لَنَرٰىكَ فِيْنَا ضَعِيْفًا ۚ وَلَوْلَا رَهْطُكَ لَرَجَمْنٰكَ وَمَآ اَنْتَ عَلَيْنَا بِعَزِيْزٍ ۝٩١

৯১। মখোইনা পাওখুমখি ঃ "ঐখোইনা খঙদ্রে অয়াম্বা নংনা হায়রিবদু, অমসুং তশেংবমক ঐখোইনা উই নংসে অশোনবনি ঐখোইগী ইরক্তা। অদুগা নংগী ইমুংগী (রাখল) নৎলমদ্রবদি ঐখোইনা শোয়দনমক নুংনা থোমগায়বিরমগনি নংবু (শিবা ফাওবা)। অদুগা নং ওইদে পাঙ্গল-লৈবা ঐখোইগী ইরক্তা (নং ঐখোইবু কিদনঙাই করি লৈ ?)"

قَالَ يٰقَوْمِ اَرَهْطِيْٓ اَعَزُّ عَلَيْكُمْ مِّنَ اللّٰهِ ؕ وَاتَّخَذْتُمُوْهُ وَرَآءَكُمْ ظِهْرِيًّا ؕ اِنَّ رَبِّيْ بِمَا تَعْمَلُوْنَ مُحِيْطٌ ۝٩٢

৯৩। মহাকনা হায়খি ঃ "হে ঐগী কাঙলুপ! ঐগী ইমুংবু হেন্না লূনা তৌব্রা নখোইনা অল্লাহদগী? অদুগা নখোইনা তৌই মহাকপু (তুক্কচনা) নতুং রোমদা হুন্দোকখ্রবা পোৎ অমগুম্না। তশেংবমক ঐগী মপুনা ইকোয়-কোয়শল্লি নখোইনা তৌবা পুম্নমক।

وَيٰقَوْمِ اعْمَلُوْا عَلٰى مَكَانَتِكُمْ اِنِّيْ عَامِلٌ ؕ سَوْفَ تَعْلَمُوْنَ ۙ مَنْ يَّاْتِيْهِ عَذَابٌ يُّخْزِيْهِ وَمَنْ هُوَ كَاذِبٌ ؕ وَارْتَقِبُوْٓا اِنِّيْ مَعَكُمْ رَقِيْبٌ ۝٩٣

৯৪। "অদুগা হে ঐগী কাঙলুপ! নখোইনা ঙম্বমখে তৌ, ঐসু তৌফম থোকপা তৌরি। নখোই থুনা খঙলগনি কনাগী মথক্তা তারকপা রায়েল-চৈরাক মদুনা ঈকাই ফিরুক খুমহনবিগনি মহাকপু, অমসুং কনানা ওইব্রা মীনম পাওরানবা। অদুগা ঙাইয়ু (খুদোংথীবদু), তশেংবমক ঐসু ঙাইরিএ (মদু থৌরাংনা) নখোইগা লোয়নননা।

وَلَمَّا جَآءَ اَمْرُنَا نَجَّيْنَا شُعَيْبًا وَّالَّذِيْنَ اٰمَنُوْا مَعَهٗ بِرَحْمَةٍ مِّنَّا وَاَخَذَتِ الَّذِيْنَ ظَلَمُوا الصَّيْحَةُ فَاَصْبَحُوْا فِيْ دِيَارِهِمْ جٰثِمِيْنَ ۝٩٤

৯৫। অদুগা ঐখোইগী হুকুম লাকখ্রবা মতমদা, ঐখোইনা কনবিখি শুঐব অমসুং মহাক্কা লোয়নননা অচুম্বা থাজখিবশিংদো ঐখোইগী ঙাকপিহৈবনা; অমসুং রায়েল-চৈরাকনা খংফা-ফাখি অরানবা লম্বীনবশিংবু, মরমদুনা মখোই উপ্লা-উপ্লা তারম্মী মখোইগী ময়ুমশিংদা.

كَاَنْ لَّمْ يَغْنَوْا فِيْهَا ؕ اَلَا بُعْدًا لِّمَدْيَنَ كَمَا بَعِدَتْ ثَمُوْدُ ۝٩٥

৯৬। মখোই কদৌঙেদসু লৈরমখিদবগুম্না মফম অদুদা। য়েংউ! সিরাপ তৌবিখ্রে মদয়নশিংবু, সিরাপ তৌবিখিবগুম্না সমূদশিংবু।

৯ শুবা রুকূ

৯৭। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা থাখি মুসাবু লোয়ননা ঐখোইগী খুদমশিংগা অমসুং তশেংবা অধিকারগা,

وَلَقَدْ أَرْسَلْنَا مُوسَىٰ بِآيَاتِنَا وَسُلْطَانٍ مُّبِينٍ ﴿٩٧﴾ إِلَىٰ فِرْعَوْنَ وَمَلَئِهِ فَاتَّبَعُوا أَمْرَ فِرْعَوْنَ ۖ وَمَا أَمْرُ فِرْعَوْنَ بِرَشِيدٍ ﴿٩٨﴾

৯৮। ফিরঔন্দা অমসুং মহাক্কী অঙম্বশিংদা তৌইগুম্বসুং মখোইনা ইনখি ময়াথং ফিরঔনগী, অমসুং ফিরঔনগী ময়াথংদি ওইরমদে অচুম্বা।

৯৯। মহাকনা মাং থাগনি মহাক্কী মীশিংগী কিয়ামত নুমিত্তা অমসুং কুমথহনগনি মখোইবু খাম্বি মৈনুংদা (যণ ঈরোইগী শম্লুপ হোইথবগুম ঈশিং থকফমদা)। অদুগা ফত্তবনি মখোইবু পুরকলিবা মফমদু।

يَقْدُمُ قَوْمَهُ يَوْمَ الْقِيَامَةِ فَأَوْرَدَهُمُ النَّارَ ۖ وَبِئْسَ الْوِرْدُ الْمَوْرُودُ ﴿٩٨﴾

১০০। অদুগা (অল্লাহগী) সিরাপ অমনা মতুং ইনহনবিখ্রে মখোইবু (হন্দক্কী মপোক্তা) অমসুং কিয়ামত নুমিত্তা। ফত্তবনি পীবিগদৌরিবা মনাদু (মখোইদা)।

وَأُتْبِعُوا فِي هَٰذِهِ لَعْنَةً وَيَوْمَ الْقِيَامَةِ ۚ بِئْسَ الرِّفْدُ الْمَرْفُودُ ﴿٩٩﴾

১০১। মসি পাওজেননি (মাঙ-তাকহনবিখ্রবা) শহরশিংগী মদু ঐখোইনা লীবিরি নংঙোন্দা। মখোইগী মরক্তা খরদি লৈরি (হৌজিক-হৌজিক্তা) অমসুং (অতৈদি) ফান্দোকপিখ্রে (লৌখাও-লৌরোকপগুম মতমগী থাঙ্গোলনা)।

ذَٰلِكَ مِنْ أَنبَاءِ الْقُرَىٰ نَقُصُّهُ عَلَيْكَ ۖ مِنْهَا قَائِمٌ وَحَصِيدٌ ﴿١٠٠﴾

১০২। অদুগা ঐখোইনা তৌখিদে অরানবা করিমতা মখোইদা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা তৌজ-খিবনি অরানবা মশামক্তদা। অদুনা কান্নবা করিসু পীখিদে মখোইদা মখোইনা কৌজখিবা খোয়ম লাইশিং অল্লাহ নত্তবা অদুনা নংগী মপুগী ময়াথং লাকখ্রবা মতমদা। অদুগা (লাইশিং) মখোইনা হাপচনবতা থংখি মখোইদা অমাঙবা।

وَمَا ظَلَمْنَاهُمْ وَلَٰكِن ظَلَمُوا أَنفُسَهُمْ ۖ فَمَا أَغْنَتْ عَنْهُمْ آلِهَتُهُمُ الَّتِي يَدْعُونَ مِن دُونِ اللَّهِ مِن شَيْءٍ لَّمَّا جَاءَ أَمْرُ رَبِّكَ ۖ وَمَا زَادُوهُمْ غَيْرَ تَتْبِيبٍ ﴿١٠١﴾

১০৩। অসিগুম্বনি নংগী মপুগী খুৎপায়্দি মহাকনা ফাজনবদা শহরশিংবু মখোইনা অরানবা খোঙফম্নরিঙৈদা। তশেংবমক, মহাক্কী খুৎপায়্দি অরাবগী মশক ওইবনি, শাথীবনি।

وَكَذَٰلِكَ أَخْذُ رَبِّكَ إِذَا أَخَذَ الْقُرَىٰ وَهِيَ ظَالِمَةٌ ۚ إِنَّ أَخْذَهُ أَلِيمٌ شَدِيدٌ ﴿١٠٢﴾

إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَةً لِّمَنْ خَافَ عَذَابَ الْآخِرَةِ ۚ ذَٰلِكَ يَوْمٌ مَّجْمُوعٌ لَّهُ النَّاسُ وَذَٰلِكَ يَوْمٌ مَّشْهُودٌ ﴿١٠٣﴾

১০৪। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা (পারা লৌনবগী) অদুগুম্বা মীওইগী মহাকনা কিজে রায়েল-চৈরাক শিরবা মতুংগী পুন্সিদা। মদু নুমিৎ অমনি মদুদা মী পুম্নমক পুল্লপ্পা খোমজনবিগনি অমসুং মদু নুমিৎ অমনি (মদুগী থবক চখবা) উগনি (পুম্নমকনা)।

وَمَا نُؤَخِّرُهُ إِلَّا لِأَجَلٍ مَّعْدُودٍ ﴿١٠٤﴾

১০৫। অদুগা ঐখোইনা মতম য়েথোক্তে মদু তৌইগুম্বসুং চপচানা লেপই মতম অমা।

يَوْمَ يَأْتِ لَا تَكَلَّمُ نَفْسٌ إِلَّا بِإِذْنِهِ ۚ فَمِنْهُمْ شَقِيٌّ وَسَعِيدٌ ﴿١٠٥﴾

১০৬। নুমিৎ অদু লাকপদা, (অল্লাহগী রায়েল শঙদা) থরাই অমতা রা ঙাঙলোই মহাক্কী ময়াথং নৃত্তনা ; অদুনা মখোই খরনা ওইগনি লায়বক থীবা অমসুং অতোপ্পনা লায়বক ফবা।

فَأَمَّا الَّذِينَ شَقُوا فَفِي النَّارِ لَهُمْ فِيهَا زَفِيرٌ وَشَهِيقٌ ﴿١٠٦﴾

১০৭। অদুগী মতুংইন্নামরায়বক থীবশিং মখোইদু লৈগনি খাম্বি মৈনুংদা, মনুং অদুদা মখোই সোরমপী হোনগনি অমসুং তেংথা নাওইনগনি—

خَالِدِينَ فِيهَا مَا دَامَتِ السَّمَاوَاتُ وَالْأَرْضُ إِلَّا مَا شَاءَ رَبُّكَ ۚ إِنَّ رَبَّكَ فَعَّالٌ لِّمَا يُرِيدُ ﴿١٠٧﴾

১০৮। লৈগনি মনুং অদুদা আসমান অমসুং পৃথিবীনা লৈরিবমখৈ, নংগী মপুনা চানবিব (দগী থাদোকপিবা) নত্তনা। থাঙ্গৈশেংবমক, নংগী মপুনা তৌই মহাকনা তৌনীংবতা।

وَأَمَّا الَّذِينَ سُعِدُوا فَفِي الْجَنَّةِ خَالِدِينَ فِيهَا مَا دَامَتِ السَّمَاوَاتُ وَالْأَرْضُ إِلَّا مَا شَاءَ رَبُّكَ ۖ عَطَاءً غَيْرَ مَجْذُوذٍ ﴿١٠٨﴾

১০৯। তৌইগুম্বসুং মরায়বক ফবা ওইরকপশিংদো, মখোই লৈগনি স্বর্গ লৈকোন্দা, লৈগনি মনুং অদুদা আসমান অমসুং পৃথিবীনা লৈরিবমখৈ, নংগী মপুনা চানবিব (দগী নুংঙাইবগী থাক্রোন-থাক্রোন কাখৎহনবিবা) নত্তনা, (করিনা হায়ববু মসি) খুদোল অমনি মদু (কদৌনুংদসু) ককথৎ-পিরোয় (নত্তগা মরক্তা লেপহনবিরোয়)।

فَلَا تَكُ فِي مِرْيَةٍ مِّمَّا يَعْبُدُ هَٰؤُلَاءِ ۚ مَا يَعْبُدُونَ إِلَّا كَمَا يَعْبُدُ آبَاؤُهُم مِّن قَبْلُ ۚ وَإِنَّا لَمُوَفُّوهُمْ نَصِيبَهُمْ غَيْرَ مَنقُوصٍ ﴿١٠٩﴾

১১০। মরমদুনা নং করিসু চিংনগনু মখোইনা ঈরাৎ পুজা তৌরিবসিগী মরমদা। মখোইনা তৌই পুজা মখোইগী মপা-মপুশিংনা পুজা তৌরম্বা অদুতা মমাংঙৈদা। অদুগা ঐখোইনা শোয়দনমক পীবিগনি মখোইগী ফংফম থোকপা শরুক (মখোইগী তৌজরকপগী মতুংইন্না) করিমতা হন্থহন্দনা।

১০ শুবা রুকূ

১১১। অদুগা ঐখোইনা তশেংনমক পীখি কিতাব মুসাদা, তৌইগুম্বসুং য়ানদবা থোকখি মদুগী মরমদা। অদুগা রাহৈ অমা হান্না থোকখিরমদ্রবদি নংগী মপুদগী, রাথোক অদু রায়েল তৌবিরমগনি মখোইগী মরক্তা (মমাং কয়াদা)। তৌইগুম্বসুং (হৌজিক) মখোই শোয়দনমক পোথাফম খঙদনা চিংনৈ মদুগী মরমদা।

وَلَقَدْ اٰتَيْنَا مُوْسَى الْكِتٰبَ فَاخْتُلِفَ فِيْهِ ۗ وَلَوْلَا كَلِمَةٌ سَبَقَتْ مِنْ رَّبِّكَ لَقُضِيَ بَيْنَهُمْ ۚ وَاِنَّهُمْ لَفِيْ شَكٍّ مِّنْهُ مُرِيْبٍ ﴿١١١﴾

১১২। অদুগা (অরানবা লম্বীনবশিংনা তৌবা থবকশিংগী লমল খুম্বিদ্রবসু হৌজিক ফাওবদা) নংগী মপুনা শোয়দনমক পীবিগনি (মনা) পুরা-পুরা মখোইগী থবকশিংগী মতুংইন্না। থাঙ্গেশেংবমক, মহাক্তি পুংখঙ-খঙবনি মখোইনা তৌরিবা-পুম্বা।

وَاِنَّ كُلًّا لَّمَّا لَيُوَفِّيَنَّهُمْ رَبُّكَ اَعْمَالَهُمْ ۗ اِنَّهٗ بِمَا يَعْمَلُوْنَ خَبِيْرٌ ﴿١١٢﴾

১১৩। মরমদুনা ওইয়ু নং নপুকচেন তিংবা লোয়ননা মখোই মপুকনিং হোংখিবশিংগা (অল্লাহদা), নংবু য়াথংনখিবগুম; অমসুং কা হেন্দোকপা তৌগনু (হে অচুম্বা থাজবশিং!) থাঙ্গেশেংবমক (জগৎকী মপু) মহাকনা ইউ-উই নখোইনা তৌবদু।

فَاسْتَقِمْ كَمَآ اُمِرْتَ وَمَنْ تَابَ مَعَكَ وَلَا تَطْغَوْا ۗ اِنَّهٗ بِمَا تَعْمَلُوْنَ بَصِيْرٌ ﴿١١٣﴾

১১৪। অদুগা নপুকনিং চঙলুগনু অরানবা লম্বীনবশিংগী মায়কৈদা, নত্রবদি খাম্বি মৈনা শোকখিনি নখোইবু; অমসুং নখোইগী লৈরোই ঙাকপিনবা কনামতা অল্লাহ নত্তনা, নত্রগা নখোইবু করিসু তেংবাংবিরোই।

وَلَا تَرْكَنُوْٓا اِلَى الَّذِيْنَ ظَلَمُوْا فَتَمَسَّكُمُ النَّارُ ۙ وَمَا لَكُمْ مِّنْ دُوْنِ اللّٰهِ مِنْ اَوْلِيَآءَ ثُمَّ لَا تُنْصَرُوْنَ ﴿١١٤﴾

১১৫। অদুগা নমাজ চাং নাইনা তৌ নুংথিলগী অরোয়বা মতোন অনিদা অমসুং অহিংগী অঙনবা শরুক্তা। তশেংবমক অফবা থবকশিংনা তাথোকই ফত্তবা থবকশিং। মসি নীংশিঙহন্নবা য়্রানি মপুকনিং চঙবশিংগী দমক্তা।

وَاَقِمِ الصَّلٰوةَ طَرَفَيِ النَّهَارِ وَزُلَفًا مِّنَ الَّيْلِ ۗ اِنَّ الْحَسَنٰتِ يُذْهِبْنَ السَّيِّاٰتِ ۗ ذٰلِكَ ذِكْرٰى لِلذّٰكِرِيْنَ ﴿١١٥﴾

১১৬। অদুগা নং অখাংকল্লু, মরমদি অল্লাহনা মাঙহনবিদে মনা-মথিন অফবা খানবশিংগী (পুম্নমক্তা)।

وَاصْبِرْ فَاِنَّ اللّٰهَ لَا يُضِيْعُ اَجْرَ الْمُحْسِنِيْنَ ﴿١١٦﴾

فَلَوْلَا كَانَ مِنَ الْقُرُوْنِ مِنْ قَبْلِكُمْ اُولُوْا بَقِيَّةٍ يَّنْهَوْنَ عَنِ الْفَسَادِ فِى الْاَرْضِ اِلَّا قَلِيْلًا مِّمَّنْ اَنْجَيْنَا مِنْهُمْ ۚ وَاتَّبَعَ الَّذِيْنَ ظَلَمُوْا مَآ اُتْرِفُوْا فِيْهِ وَكَانُوْا مُجْرِمِيْنَ ﴿١١٧﴾

১১৭। করি মরমগী য়াওখিদবগে নংগী মমাংদা লৈরম্বা মীরোনশিংগী মরক্তা জ্ঞান চৈরোয়নবা মীশিং থিংনবা ফত্তবা তৌবদগী মালেমথক্তা নত্তনা মী খরা মখোইগী মরক্তগী ঐখোইনা কনবিখি মখোইবু? তৌইগুম্বসুং অরানবা লম্বীন-বশিংনা তুংইনখি (খাঙুথক্কী) নুংঙাইবা ফংহনবগী অমসুং মখোই ওইখি মরাল লৈরবশিং।

وَمَا كَانَ رَبُّكَ لِيُهْلِكَ الْقُرٰى بِظُلْمٍ وَّاَهْلُهَا مُصْلِحُوْنَ ﴿١١٨﴾

১১৮। অদুগা নংগী মপুনা মাঙহনবিগদবা নত্তে শহরশিংবু ইচুম-চুমদনা, মদুদা লৈবা মীশিংনা অচুম্বা খোঙফম্নরিঙেদা।

وَلَوْ شَآءَ رَبُّكَ لَجَعَلَ النَّاسَ اُمَّةً وَّاحِدَةً وَّلَا يَزَالُوْنَ مُخْتَلِفِيْنَ ﴿١١٩﴾

১১৯। অদুগা নংগী মপুনা করিগুম্বা তৌনীং-লমলবদি, মহাকনা শেমলমগনি মী পুম্নমকবু জাতি অমতা ওইনা; তৌইগুম্বসুং মখোইনা তোকপা লৈরোই (মত) মান্নদবা,

اِلَّا مَنْ رَّحِمَ رَبُّكَ ۗ وَلِذٰلِكَ خَلَقَهُمْ ۗ وَتَمَّتْ كَلِمَةُ رَبِّكَ لَاَمْلَئَنَّ جَهَنَّمَ مِنَ الْجِنَّةِ وَالنَّاسِ اَجْمَعِيْنَ ﴿١٢٠﴾

১২০। নত্তনা নংগী মপুনা ঙাকপিবশিংদো; অমসুং (ঙাকপিনবা) অসিগীদমক্তা মহাকনা শেম্বিখি মখোইবু। অদুগা নংগী মপুগী রাহৈদি পুরা তৌগনিঃ "ঐনা থলহনবিগনি নরকপু (হায়বা-ইন্দবা) জিন অমসুং মীশিংনা পুল্লপ্লা পুনশিন্দুনা।"

وَكُلًّا نَّقُصُّ عَلَيْكَ مِنْ اَنْۢبَآءِ الرُّسُلِ مَا نُثَبِّتُ بِهٖ فُؤَادَكَ ۚ وَجَآءَكَ فِىْ هٰذِهِ الْحَقُّ وَمَوْعِظَةٌ وَّذِكْرٰى لِلْمُؤْمِنِيْنَ ﴿١٢١﴾

১২১। অদুগা ঐখোইনা নংঙোন্দা লীবিরিবা রসুলশিংগী রারী পুম্নমকসি নংগী নপুকনিং চেৎশনহন্নবগী দমক্তনি মদুনা। অদুগা মসিদা লাকখ্রে নংঙোন্দা অচুম্বা (পাওজেনশিং) অমসুং রারক-রাতেম্বা অমসুং নীংশিঙহনবা অচুম্বা থাজবশিংগীদমক্তা।

وَقُلْ لِّلَّذِيْنَ لَا يُؤْمِنُوْنَ اعْمَلُوْا عَلٰى مَكَانَتِكُمْ ۗ اِنَّا عٰمِلُوْنَ ﴿١٢٢﴾

১২২। অদুগা হায়য়ু অচুম্বা থাজবশিংদাঃ "তৌ নখোইনা ঙম্বমখৈ, ঐখোইসু তৌরি

وَانْتَظِرُوْا ۚ اِنَّا مُنْتَظِرُوْنَ ﴿١٢٣﴾

১২৩। "অমসুং ঙাইখো নখোই, ঐখোইসু ঙাইরি।"

وَلِلّٰهِ غَيْبُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ وَاِلَيْهِ يُرْجَعُ الْاَمْرُ كُلُّهٗ

১২৪। অদুগা অল্লাহগী ঙাকনি অরোনবা পোৎশিং আসমান অমসুং পৃথিবীগী, অমসুং মহাক্কী মায়কৈদা থবক পুম্নমক্কী হনজনফমনি।

فَاعْبُدْهُ وَتَوَكَّلْ عَلَيْهِ ۚ وَمَا رَبُّكَ بِغَافِلٍ عَمَّا تَعْمَلُونَ ﴿١٢٣﴾

মরম অদুনা বন্দগী তৌ মহাকপু অমসুং আশা তৌ অল্লাহদা। অদুগা নংগী মপুনা পুকনিং চঙদবা নত্তে নখোইনা তৌরিবা-পুম্বা।




য়ুসুফ সূরহ ১২

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ১১২নি)

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

الر ۚ تِلْكَ آيَاتُ الْكِتَابِ الْمُبِينِ ②

২। ঐ অল্লাহনি, পোৎ পুম্নমক উবনি। (অনল্লাহু অরা)। পুম্নমকসি শৈরেংশিংনি তশেং-তশেংবা কিতাবকী।

إِنَّا أَنزَلْنَاهُ قُرْآنًا عَرَبِيًّا لَّعَلَّكُمْ تَعْقِلُونَ ③

৩। ঐখোইনা থাবিখি কুরআনসি অরবী (লোল) দা অদুনা নখোই (মীওইবশিংনা) খঙজনবা।

نَحْنُ نَقُصُّ عَلَيْكَ أَحْسَنَ الْقَصَصِ بِمَا أَوْحَيْنَا إِلَيْكَ هَٰذَا الْقُرْآنَ وَإِن كُنتَ مِن قَبْلِهِ لَمِنَ الْغَافِلِينَ ④

৪। ঐখোইনা লীবিরি নংঙোন্দা খ্বাইদগী হেন্না ফজবা ৱারী অমা ফোংদোকপিদুনা নংঙোন্দা কুরআন অসি, অমসুং নংসু ওইরম্মী, মসিগী মমাংদা, (অমা) পাইমা ঈরৈচলশিংগী।

إِذْ قَالَ يُوسُفُ لِأَبِيهِ يَا أَبَتِ إِنِّي رَأَيْتُ أَحَدَ عَشَرَ كَوْكَبًا وَالشَّمْسَ وَالْقَمَرَ رَأَيْتُهُمْ لِي سَاجِدِينَ ⑤

৫। (নীংশিংঙু মতমদু) য়ুসুফনা হায়খি মহাক্কী পখৌদা: পখৌও! ঐনা উখি (ঐগী মঙদা) থরানমিচাক তরামাথোই, অমসুং নুমিৎ, অমসুং থা—ঐনা উখি মখোইনা ঈকাই খুম্নবগী মশক ওইনা প্রণাম তৌবা ঐঙোন্দা।

قَالَ يَا بُنَيَّ لَا تَقْصُصْ رُؤْيَاكَ عَلَىٰ إِخْوَتِكَ فَيَكِيدُوا لَكَ كَيْدًا ۖ إِنَّ الشَّيْطَانَ لِلْإِنسَانِ عَدُوٌّ مُّبِينٌ ⑥

৬। পখৌনা হায়বিখি: পারি ইবুঙো নুংশিবা! লীগনু নংগী মঙসে নচিন ননাওশিংদা, মদুগী (কল্লক-খল্লন্দুনা) মখোইনা শরৌ শীনখিগনি নংগী মায়োক্তা। থাঙ্গৈশেংবমক শৈতানদি মীওইবা জাতিগী অফোংবা য়েক্লবনি।

৭। অদুগা অসুম্না নংগী মপুনা খনবিগনি নংবু অমসুং তম্বিগনি নংবু অর্থ শন্দোক্না হায়বা (মঙগী) রাশিংগী অমসুং পুরা তৌবিগনি মহাক্কী থৌজাল নংগী নথক্তা অমসুং (পথৌ) য়াকুবকী চারোন শুরোন্দা মহাকনা পুরা তৌবিখিবগুম মদু নংগী নপা-নপুশিংদা—(পুরেন) ইব্রাহীমদা অমসুং (নপুথৌ) ইসহাকদা। থাঙ্গৈশেংবমক, নংগী মপুদি পুংখঙ-খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَكَذٰلِكَ يَجْتَبِيكَ رَبُّكَ وَيُعَلِّمُكَ مِن تَأْوِيلِ الْأَحَادِيثِ وَيُتِمُّ نِعْمَتَهُ عَلَيْكَ وَعَلَىٰ آلِ يَعْقُوبَ كَمَا أَتَمَّهَا عَلَىٰ أَبَوَيْكَ مِن قَبْلُ إِبْرَاهِيمَ وَإِسْحَاقَ ۚ إِنَّ رَبَّكَ عَلِيمٌ حَكِيمٌ

২ শুবা রুকূ

৮। তশেংবমক, য়ুসুফ অমসুং মহাক্কী মচিন মনাওশিং (গী রারী) দা য়াওরি খুদমশিং হংথিজনবা মীশিংগীদমক্তা।

لَّقَدْ كَانَ فِي يُوسُفَ وَإِخْوَتِهِ آيَاتٌ لِّلسَّائِلِينَ

৯। (মমা তিন্নদবা ময়াম্বশিং) মখোইনা হায়খি: থাঙ্গৈশেংবমক, য়ুসুফ অমসুং মহাক্কী মনাও নিপাবুনা নুংশিবা হেল্লি ঐখোইগী পথৌদা ঐখোইদগী, ঐখোইনা অকনবা খুৎপু অমা ওইরবসু। শোয়দনমক, ঐখোইগী পথৌসে তশেং-তশেংনা অরানবনি।

إِذْ قَالُوا لَيُوسُفُ وَأَخُوهُ أَحَبُّ إِلَىٰ أَبِينَا مِنَّا وَنَحْنُ عُصْبَةٌ إِنَّ أَبَانَا لَفِي ضَلَالٍ مُّبِينٍ

১০। (মখোইগী মরক্তগী অমনা হায়খি:) হাৎলু য়ুসুফপু নত্তগা লোই থাখ্রো মহাকপু (অরাপ্পা) লম অমদা, অদুনা নখোইগী পথৌগী লুনা তৌবদু ওইরক্নবা নখোইতগী পুন্নপ্না, অমসুং নখোই মদুগী মতুংদা ওইরকপা য়াগনি ধর্ম্ম লৈবা মীশিং।

اقْتُلُوا يُوسُفَ أَوِ اطْرَحُوهُ أَرْضًا يَخْلُ لَكُمْ وَجْهُ أَبِيكُمْ وَتَكُونُوا مِن بَعْدِهِ قَوْمًا صَالِحِينَ

১১। মখোইগী মরক্তগী অমনা হায়খি: "হাৎকনু য়ুসুফপু, তৈইগুম্বসুং হুন্থখো মহাকপু অরুবা গুহা অমদা, অদুনা লংফৈ চৎপশিংনা (উরগা) লৌখৎপিনবা মহাকপু (অসুম হেক তৌরো), নখোইনা তৌবা তারবদি করিগুম্বা অমা (মহাক্কী মায়োক্তা)।"

قَالَ قَائِلٌ مِّنْهُمْ لَا تَقْتُلُوا يُوسُفَ وَأَلْقُوهُ فِي غَيَابَتِ الْجُبِّ يَلْتَقِطْهُ بَعْضُ السَّيَّارَةِ إِن كُنتُمْ فَاعِلِينَ

১২। মখোই (ময়াম্বা তরা) না হায়খি: হো ঐখোইগী পথৌও! করি মরমগী নহাকনা শীন্নদবগে ঐখোইদা য়ুসুফপু, অমসুং ঐখোইনা তশেংবমক ওইরগা মহাক্কী য়াইফনবদা নীংবশিং?

قَالُوا يَا أَبَانَا مَا لَكَ لَا تَأْمَنَّا عَلَىٰ يُوسُفَ وَإِنَّا لَهُ لَنَاصِحُونَ

أَرْسِلْهُ مَعَنَا غَدًا يَرْتَعْ وَيَلْعَبْ وَإِنَّا لَهُ لَحٰفِظُوْنَ ﴿١٢﴾

১৩। থাবিয়ু মহাকপু হয়েং ঐখোইগা লোয়ননা অদুনা মহাক হরাওজসনু অমসুং (পেন্না) শান্নজসনু, অমসুং ঐখোইনা শোয়দনমক ঙাক-শেনবিগনি মহাকপু।

قَالَ إِنِّيْ لَيَحْزُنُنِيْٓ أَنْ تَذْهَبُوْا بِهٖ وَأَخَافُ أَنْ يَّأْكُلَهُ الذِّئْبُ وَأَنْتُمْ عَنْهُ غٰفِلُوْنَ ﴿١٣﴾

১৪। পন্থৌনা হায়বিখি ঃ ঐ রাজেএ নখোইনা পুথোক্কনি হায়বসিদা মহাকপু অমসুং ঐনা কিজেএ কৈশালনা চাবিখিগদ্রা মহাকপু নখোইনা (শান্নরিবনি হায়দুনা) থৌশাবহৌদবদা মহাকপু।

قَالُوْا لَئِنْ أَكَلَهُ الذِّئْبُ وَنَحْنُ عُصْبَةٌ إِنَّآ إِذًا لَّخٰسِرُوْنَ ﴿١٤﴾

১৫। (মচাশিং) মখোইনা হায়খি ঃ কৈশালনা করিগুম্বা চাত্রবদি মহাকপু, ঐখোই (অকনবা) খুংৎপু অমা লৈরিঙেদা, তশেংবমক ঐখোইদি মাঙজরেদনা!

فَلَمَّا ذَهَبُوْا بِهٖ وَأَجْمَعُوْٓا أَنْ يَّجْعَلُوْهُ فِيْ غَيٰبَتِ الْجُبِّ وَأَوْحَيْنَآ إِلَيْهِ لَتُنَبِّئَنَّهُمْ بِأَمْرِهِمْ هٰذَا وَهُمْ لَا يَشْعُرُوْنَ ﴿١٥﴾

১৬। মরম অদুনা মখোইনা পুত্রবদা মহাকপু অমসুং য়ানত্রবদা হুন্থত্রসি হায়না মহাকপু অরুবা গুহা অমদা (মখোইনা য়েংথীচাওবা অনীংবদু তরায়-তরায় পাংথোকখি); অমসুং ঐখোইনা ফোংদোকপিখি মঙোন্দা (অসি হায়বিদুনা) ঃ নংনা (নোংমদি) শোয়দনমক খঙহনগনি মখোইবু মখোইগী (নুংশিহৈতবা) থবক অসি, তৌইগুম্বসুং মখোইনা খঙলোই (নংবু)।

وَجَآءُوْٓ أَبَاهُمْ عِشَآءً يَّبْكُوْنَ ﴿١٦﴾

১৭। অদুগা মখোই লাকলম্মী মখোইগী পন্থৌগী মনাক্তা অহিং তাংলৌদা, কপ-লাউদুনা।

قَالُوْا يٰٓأَبَانَآ إِنَّا ذَهَبْنَا نَسْتَبِقُ وَتَرَكْنَا يُوْسُفَ عِنْدَ مَتَاعِنَا فَأَكَلَهُ الذِّئْبُ وَمَآ أَنْتَ بِمُؤْمِنٍ لَّنَا وَلَوْ كُنَّا صٰدِقِيْنَ ﴿١٧﴾

১৮। মখোইনা হায়খি ঃ হো ঐখোইগী পন্থৌও! ঐখোই অমনা অমবু তান্নদুনা শান্নরম্মী অমসুং য়ুসুফপু শংহল্লম্মী ঐখোইগী পোৎ-চৈশিং, মতম আদুদা কৈশালনা চাবিখ্রে মহাকপু, তৌইগুম্বসুং নহাকনা থাজবিদবসু য়াই ঐখোইবু—ঐখোইনা (পুকনিং শেংনা) হায়রবসু অচুম্বা।

وَجَآءُوْ عَلٰى قَمِيْصِهٖ بِدَمٍ كَذِبٍ قَالَ بَلْ سَوَّلَتْ لَكُمْ أَنْفُسُكُمْ أَمْرًا فَصَبْرٌ جَمِيْلٌ وَاللّٰهُ الْمُسْتَعَانُ

১৯। অদুগা মখোই লাকখি মীনম্বা ঈ তৈশন্দুনা মহাক্কী ফুরিত্তা। মহাকনা হায়খি ঃ নত্তে, নখোইগী থৱাইশিংনা (অচৌবা) থবক অমা (তরায়-তরায়) থোকহল্লে নখোইগীদমক্তা। মরম অদুনা (হৌজিক ঐ করি তৌগনি?) অথাংকনবনা ফৈ (ঐগীদি

عَلٰى مَا تَصِفُوْنَ ﴿١٩﴾

করিননো হায়নবু লোন্নাইদবা অরাবদি খোন্নাইদবা থম্মোইনা ওকপা তাবনি)। অদুগা অল্লাহ(ত)গী মতেং নীজরি নখোইনা হায়রিবসিগী মায়োক্তা।

وَجَآءَتْ سَيَّارَةٌ فَاَرْسَلُوْا وَارِدَهُمْ فَاَدْلٰى دَلْوَهٗ ؕ قَالَ يٰبُشْرٰى هٰذَا غُلٰمٌ ؕ وَاَسَرُّوْهُ بِضَاعَةً ؕ وَاللّٰهُ عَلِيْمٌۢ بِمَا يَعْمَلُوْنَ ﴿٢٠﴾

২০। অদুগা (য়েংউ) লংফে চৎপা মী কাঙবু অমা লাকলম্মী অমসুং মখোইনা থারম্মী মখোইগী ঈশিং শোক্লবা মী, অমসুং মহাকনা থাদরম্মী মহাক্কী বালটিন (য়ুসুফ হুৎখিবা গুহা অদুদা), মহাকনা হায়খি ঃ "এঃ কয়াদা নুংঙাইরবা ! পাখং অমা লৈরে।" অদুগা মখোইনা লোৎশল্লম্মী মহাকপু শেন্দোংগীদমক্তা য়োৎথোক্লবা পোৎ ওইনা : অমসুং অল্লাহনা খঙবিখি মখোইনা তৌখিবদু।

وَشَرَوْهُ بِثَمَنٍۢ بَخْسٍ دَرَاهِمَ مَعْدُوْدَةٍ ۚ وَكَانُوْا فِيْهِ مِنَ الزّٰهِدِيْنَ ﴿٢١﴾

২১। অদুগা (মনাক্তা লোত্তুনা লৈরম্বা ময়াম্বশিং) মখোইনা য়োৎথোকখি মহাকপু মমল খজিক্কংদা, লুপাগী শেল (ময়েক) খরা লৌদুনা, অমসুং মখোইনা অপাম্বা করিসু লৈরমদে মহাকপু।

৩ শুবা রুকূ

وَقَالَ الَّذِى اشْتَرٰىهُ مِنْ مِّصْرَ لِامْرَاَتِهٖۤ اَكْرِمِىْ مَثْوٰىهُ عَسٰۤى اَنْ يَّنْفَعَنَاۤ اَوْ نَتَّخِذَهٗ وَلَدًا ؕ وَكَذٰلِكَ مَكَّنَّا لِيُوْسُفَ فِى الْاَرْضِ ۫ وَلِنُعَلِّمَهٗ مِنْ تَاْوِيْلِ الْاَحَادِيْثِ ؕ وَاللّٰهُ غَالِبٌ عَلٰۤى اَمْرِهٖ وَلٰكِنَّ اَكْثَرَ النَّاسِ لَا يَعْلَمُوْنَ ﴿٢٢﴾

২২। অদুগা (লল্লোনবশিংগী মখুত্তগী) মহাকপু লৈবিখিবা মিসরী (অঙম্বা চাবোক্তবা) না হায়খি মহাক্কী মতালোইদা ঃ "থম্মু মহাকপু ইজ্জৎকা লোয়ননা। মহাক ওইগনি কান্নবা ঐখোইদা, নত্ত্রগা ঐখোইনা লৌরগনি মহাকপু ইচানিপা অমা ওইনা।" অসুম্না ঐখোইনা খোঙদাহনবিখি (কায়ন-মৈশা লাংলবা) য়ুসুফপু (মিসরগী) লমদা, অমসুং (ঐখোইনা অসুম্না তৌবিখি) অদুনা ঐখোইনা তম্বিনবা মহাকপু অর্থ শন্দোক্লা হায়বা (মঙগী) রাশিংগী। অদুগা অল্লাহদি পুরা শক্তি লৈবনি মহাক্কী ময়াথং (পাংথোকপ) দা, তৌই গুম্বসুং মী অয়াম্বনা খঙদে (মদু)।

وَلَمَّا بَلَغَ اَشُدَّهٗۤ اٰتَيْنٰهُ حُكْمًا وَّعِلْمًا ؕ وَكَذٰلِكَ نَجْزِى الْمُحْسِنِيْنَ ﴿٢٣﴾

২৩। অদুগা মহাকনা মীওই শুরবা মতমদা, ঐখোইনা পীখি মঙোন্দা মহৈ-মশিং অমসুং জ্ঞান। অসুম্না ঐখোইনা পীবি মনা-মথিন অফবা খানবশিংদা (অতোপ্পদা)।

২৪। অদুগা মহাকনা লৈরিবা য়ুম অদুগী মোমনু নুজা (দু মথম্মোই নুংওনখিদুনা) হোৎনরম্মী ওক্তবা লম্বীদা চিংনবগী (নহা)মহাকপু মহাকনা তৌনীংদবদা। অদুগা নুজা মহাকনা (নোংমা নুমিত্তা) পৌরোন থারম্মী থোংজাওশিং অমসুং হায়খি ঃ "হৌজিক লাকও (পাম্মুবা!)। মহাকনা পাওখুমখি ঃ "অল্লাহনা ঙাকপিসনু! মহাক ঐগী মপুনি ; মহাকনা পীবি ঐবু অফবা "লৈফম, নংগী শেগাদা। তশেংবমক, অরানবা লম্বীনবশিংদি কদৌঙেদসু চাওখত্তে।"

وَرَاوَدَتْهُ الَّتِيْ هُوَ فِيْ بَيْتِهَا عَنْ نَّفْسِهٖ وَغَلَّقَتِ الْاَبْوَابَ وَقَالَتْ هَيْتَ لَكَ ۚ قَالَ مَعَاذَ اللّٰهِ اِنَّهٗ رَبِّيْٓ اَحْسَنَ مَثْوَايَ ۚ اِنَّهٗ لَا يُفْلِحُ الظّٰلِمُوْنَ ﴿٢٤﴾

২৫। অদুগা তশেংবমক নুজা মহাকনা নীংলম্মী (নহা) মহাকপু, অমসুং (নহা) মহাকন(সু) নীংলম্মী (নুজা) মহাকপু। করিগুম্বা মহাকনা উরমখিদ্রবদি তশেংবা খুদম মহাক্কী মপুগী (মহাক্কী থম্মোই নুংওন্দনঙাই করি লৈ নুজা শকহেনবীগী হকচাংগী নিংথীবা উবদা!)। অসুম্না ওইখি অদুনা ঐখোইনা তান্থোকপিনবা মঙোন্দগী ফত্তবা অমসুং হৌনদবা (থবকশিং)। তশেংবমক মহাক ওইরম্মী (অমা) ঐখোইগী অখন্নবা ইনাইশিংগী।

وَلَقَدْ هَمَّتْ بِهٖ ۚ وَهَمَّ بِهَا لَوْلَآ اَنْ رَّاٰ بُرْهَانَ رَبِّهٖ ۚ كَذٰلِكَ لِنَصْرِفَ عَنْهُ السُّوْٓءَ وَالْفَحْشَآءَ ۚ اِنَّهٗ مِنْ عِبَادِنَا الْمُخْلَصِيْنَ ﴿٢٥﴾

২৬। অদুগা মখোই অনি (পানা পীগী মাং থাদুনা প্রপ-প্রপ) চেল্লম্মী থোংজাও তম্না, অমসুং নুজানা (নহা মহাকপু শমু খুজেং লাক্না ফাবদি ঙমহৌদদুনা) শেগায়হৌরে মহাক্কী ফুরিৎকী তুংরোমগী শরুক (চেৎনা য়ান্নদুনা), অমসুং মখোইনা থেংনখি নুজাগী থংলেন মপুরোইবা (উয়ুংগুম লৈরম্বা) থোংজিন্দা। নুজানা হায়খি ঃ "করি রায়েল-চৈরাক থাফম থোকপগে নহাক্কী নতালোইদা ফত্তবা তৌনীংলম্বা মী, অমদা বন্দী থমজনবা নত্ত্রগা অরাবগী মশক ওইবা চৈরাক (পীবা) নত্তনা ?"

وَاسْتَبَقَا الْبَابَ وَقَدَّتْ قَمِيْصَهٗ مِنْ دُبُرٍ وَّاَلْفَيَا سَيِّدَهَا لَدَا الْبَابِ ۚ قَالَتْ مَا جَزَآءُ مَنْ اَرَادَ بِاَهْلِكَ سُوْٓءًا اِلَّآ اَنْ يُّسْجَنَ اَوْ عَذَابٌ اَلِيْمٌ ﴿٢٦﴾

২৭। (নহা) মহাকনা হায়খি ঃ "নুজা মহাকননি হৌরকখিবা হৈরাং নমজানবা লৈরাং নমজিন্নবা শাজৎ চৎকদৌবগী ঐ ইশানা য়াজদবদা।" অদুগা

قَالَ هِيَ رَاوَدَتْنِيْ عَنْ نَّفْسِيْ وَشَهِدَ شَاهِدٌ مِّنْ

أَهْلِهَا إِنْ كَانَ قَمِيصُهُ قُدَّ مِنْ قُبُلٍ فَصَدَقَتْ وَهُوَ مِنَ الْكَٰذِبِينَ ﴿٢٦﴾

নুজা মহাক্কী ইমুংদগী সাক্ষী অমনা সাক্ষীদুম পীরকখি (অসি হায়দুনা)ঃ "মহাক্কী ফুরিৎ মাংরোমদা শেগায়রদি, নুপীনা অচুম্বা রা হায়বনি অমসুং নিপানা মীনম্বনি।

وَإِنْ كَانَ قَمِيصُهُ قُدَّ مِنْ دُبُرٍ فَكَذَبَتْ وَهُوَ مِنَ الصَّٰدِقِينَ ﴿٢٨﴾

২৮। "তৌইগুম্বসুং মহাক্কী ফুরিৎ তুংরোমদা শেগায়রবদি, নুপীনা মীনম্বনি অমসুং নিপানা অচুম্বনি।"

فَلَمَّا رَءَا قَمِيصَهُ قُدَّ مِنْ دُبُرٍ قَالَ إِنَّهُ مِنْ كَيْدِكُنَّ إِنَّ كَيْدَكُنَّ عَظِيمٌ ﴿٢٩﴾

২৯। অসুম্না (মপুরোইবা) মহাকনা উখি ফুরিৎ অদু শেগায়বা তুংরোমদগী, (অদুদা) মহাকনা হায়খিঃ "তশেংবমক মসি নুপী নখোইগী লৌনমনি। নখোইগী লৌনমদি তশেংবমক চাওবনি।

يُوسُفُ أَعْرِضْ عَنْ هَٰذَا وَاسْتَغْفِرِي لِذَنْبِكِ إِنَّكِ كُنْتِ مِنَ الْخَاطِـِٔينَ ﴿٣٠﴾

৩০। (মখা শমথদুনা অসিসু হায়খিঃ) হে য়ুসুফ! মসি তোকথোকলো অমসুং (হে নুপী!) নং নরাল ঙাকপিয়ু হায়জৌ। তশেংবমক নং (অমনি) লাল্লবশিংগী।

৪ শুবা রুকূ

وَقَالَ نِسْوَةٌ فِي الْمَدِينَةِ امْرَأَتُ الْعَزِيزِ تُرَٰوِدُ فَتَىٰهَا عَنْ نَفْسِهِ قَدْ شَغَفَهَا حُبًّا إِنَّا لَنَرَىٰهَا فِي ضَلَٰلٍ مُبِينٍ ﴿٣١﴾

৩১। অদুগা শহরগী নুপীশিংনা হায়খিঃ 'অজীজ (অঙম্ব) গী নুপীনা হোৎনৈ ওক্তবা লম্বীদা চিংনবগী মনাই নিপাবু মশানা য়াদ-য়াদনা। মনাই নিপানা তশেংবমক পুমপঙ-পঙথহনবিখ্রে মবেম্মবু নুংশি-মৈশা লাংহনবিদুনা। থাঙ্গৈমকশেংনা, ঐখোইনা উরে নুপী মহাক তশেংনা লাল্লবনি (মহাক্কী তাংথক্লরিবা হকচাংগী ঈথক ঈহুলনা মরম্নদুনা)।

فَلَمَّا سَمِعَتْ بِمَكْرِهِنَّ أَرْسَلَتْ إِلَيْهِنَّ وَأَعْتَدَتْ لَهُنَّ مُتَّكَـًٔا وَءَاتَتْ كُلَّ وَٰحِدَةٍ مِنْهُنَّ سِكِّينًا وَقَالَتِ اخْرُجْ عَلَيْهِنَّ فَلَمَّا رَأَيْنَهُ أَكْبَرْنَهُ وَقَطَّعْنَ

৩২। অদুগা নুপী মহাকনা তারগা মখোইগী চিবোন চিবোন ঙাঙবা য়াঙাঙ (য়ুসুফপু লাংথুহন্নবা মহাক্কী নুংশি-কোঙ্গোয় লাংদা), মহাকনা (মী থাদুনা) কৌহনখি মখোইবু অমসুং থাংখি চাকলেন অমা মখোইগীদমক্তা, অমসুং পীখি মখোই খুদিংমক্তা ছুরি অমমম (চরা চাবদা শীজন্নবগী), অমসুং হায়খি (য়ুসুফদা)ঃ "থোরকও লাও মখোইগী মমাংদা।" মরমদুনা মখোইনা উখিবদা

মহাকপু মখোইনা খনখি মহাক মতিক অচৌবনি অমসুং মখুৎশিং শৎ হেক ককখি (অঙকপা অমসুং শুমহৎপা অনিনা খাব্রাং ঈরাইখিবদা) অমসুং হায়খি: "অল্লাহগী মতিক মঙাল হেঙ্গৎপা ওইসনু! মসি তাইবঙ মী নত্তে! মসি করিসু নত্তে য়াম্না চীং-লেম্বা ফরিশতহ অমা নত্তনা।"

أَيْدِيَهُنَّ وَقُلْنَ حَاشَ لِلَّهِ مَا هَٰذَا بَشَرًا إِنْ هَٰذَا إِلَّا مَلَكٌ كَرِيمٌ ﴿٣١﴾

৩৩। নুপী মহাকনা হায়খি: "মহাক অসিনি মহাক্কী মশুংলানগী নখোইনা দোশ তৌরিবদু ঐবু। অদুগা ঐনা তশেংবমক হোৎনজখিবনি লাংথু-হন্নবা মহাকপু (ঐগী নুংশি কোঙ্গোয় লাংদা) মশানা য়াদ-য়াদনা, তৌইগুম্বসুং মহাকনা ঙাকচখি মশামকপু। অদুবু (হৌজিক) মহাকনা তৌদ্রবদি ঐনা য়াথংনবদু মহাকপু, মহাক শোয়দনমক বন্দী থামজনগনি অমসুং মহাক ওইগনি (অমা) মীতোকচাকশিংগী।

قَالَتْ فَذَٰلِكُنَّ الَّذِي لُمْتُنَّنِي فِيهِ ۖ وَلَقَدْ رَاوَدتُّهُ عَن نَّفْسِهِ فَاسْتَعْصَمَ ۖ وَلَئِن لَّمْ يَفْعَلْ مَا آمُرُهُ لَيُسْجَنَنَّ وَلَيَكُونًا مِّنَ الصَّاغِرِينَ ﴿٣٢﴾

৩৪। য়ুসুফনা হায়খি: ঐগী মপুও! ঐ বন্দী লৈখিবনা হেন্না পামজে মখোইনা বারতোন তৌরিবা অদুদগী ঐবু; অমসুং নহাকনা তোকহন-বিদ্রবদি মখোইগী শরৌ ঐঙোন্দগী, ঐ পুকনিং ওনশনখ্রগনি মখোইদা অমসুং ওইখ্রগনি (অমা) অপঙজাওবশিংগী।

قَالَ رَبِّ السِّجْنُ أَحَبُّ إِلَيَّ مِمَّا يَدْعُونَنِي إِلَيْهِ ۖ وَإِلَّا تَصْرِفْ عَنِّي كَيْدَهُنَّ أَصْبُ إِلَيْهِنَّ وَأَكُن مِّنَ الْجَاهِلِينَ ﴿٣٣﴾

৩৫। মরমদুনা মহাক্কী মপুনা য়াবিখ্রে মহাক্কী দরখাস্ত অমসুং তোকহনবিখ্রে মখোইগী শরৌ মঙোন্দগী। থাঙ্গেশেংবমক, মহাক্তি (মনাইশিংনা হায়জবা) পুম্নমক তাবনি, (থবক তৌবা) পুম্নমক খঙবনি।

فَاسْتَجَابَ لَهُ رَبُّهُ فَصَرَفَ عَنْهُ كَيْدَهُنَّ ۚ إِنَّهُ هُوَ السَّمِيعُ الْعَلِيمُ ﴿٣٤﴾

৩৬। অদুনা ফংখ্রে মখোই (বিচার রা থিরিবশিং) দা মখোইনা উখ্রবা মতুংদা খুদমশিং (য়ুসুফ মরাল লৈতে হায়বা) অদুনা (মবেম্মগী মাঙখিবা ইজ্জৎ হনজন্নবগী) মখোইনা বন্দী থমজনগনি মহাকপু মতম অমা।

ثُمَّ بَدَا لَهُم مِّن بَعْدِ مَا رَأَوُا الْآيَاتِ لَيَسْجُنُنَّهُ حَتَّىٰ حِينٍ ﴿٣٥﴾ ع

৫ শুবা রুকূ

৩৭। অদুগা চঙখ্রে বন্দী মহাক্কা লোয়ননা নহা

وَدَخَلَ مَعَهُ السِّجْنَ فَتَيَانِ ۖ قَالَ أَحَدُهُمَا إِنِّي

أَرَىٰنِىٓ أَعْصِرُ خَمْرًا ۖ وَقَالَ ٱلْـَٔاخَرُ إِنِّىٓ أَرَىٰنِىٓ أَحْمِلُ فَوْقَ رَأْسِى خُبْزًا تَأْكُلُ ٱلطَّيْرُ مِنْهُ ۖ نَبِّئْنَا بِتَأْوِيلِهِۦٓ ۖ إِنَّا نَرَىٰكَ مِنَ ٱلْمُحْسِنِينَ ﴿٣٦﴾

নিপা অনি। মখোইগী মরক্তগী অমনা হায়খিঃ "তশেংবমক ঐনা উখি (মঙদা) ইশামক্তা য়ু শুংবা।" অমসুং অতোপ্পা অদুনা হায়খিঃ "থাঙ্গৈশেংবমক ঐনা উখি (মঙদা) তল পুরিঙৈদা কোকথক্তা চেকলা উচেকশিংনা লাক-লাক্লুনা চাবা" (মখোইনা হায়জখি য়ুসুফদা) তাকপিয়ু ঐখোইদা ফল মদুগী; তশেংবমক ঐখোইনা উই নহাকসে (অমনি মী পুস্নমক্তা ) মহৈ খানবশিংগী।

قَالَ لَا يَأْتِيكُمَا طَعَامٌ تُرْزَقَانِهِۦٓ إِلَّا نَبَّأْتُكُمَا بِتَأْوِيلِهِۦ قَبْلَ أَن يَأْتِيَكُمَا ۚ ذَٰلِكُمَا مِمَّا عَلَّمَنِى رَبِّىٓ ۚ إِنِّى تَرَكْتُ مِلَّةَ قَوْمٍ لَّا يُؤْمِنُونَ بِٱللَّهِ وَهُم بِٱلْـَٔاخِرَةِ هُمْ كَٰفِرُونَ ﴿٣٧﴾

৩৮। মহাকনা হায়খিঃ "লাকখিরোই নখোইদা চানবগী পীবা খানাদু নখোইদা, তৌইগুম্বসুং ঐনা তাকপিগনি নখোইদা মদুগী ফল মদু লাক্তরিঙৈ মমাংদা। মসি ঐগী মপুনা তম্বিখিবগী মরম্ননি ঐঙোন্দা। তশেংবমক ঐনা থাদোকখ্রে ধর্ম্ম অদুগুম্বা মীশিংগী মখোইনা থাজদে অল্লাহবু অমসুং মখোই নিন্দা তৌবশিংনি আখেরতবু।

وَٱتَّبَعْتُ مِلَّةَ ءَابَآءِىٓ إِبْرَٰهِيمَ وَإِسْحَٰقَ وَيَعْقُوبَ ۚ مَا كَانَ لَنَآ أَن نُّشْرِكَ بِٱللَّهِ مِن شَىْءٍ ۚ ذَٰلِكَ مِن فَضْلِ ٱللَّهِ عَلَيْنَا وَعَلَى ٱلنَّاسِ وَلَٰكِنَّ أَكْثَرَ ٱلنَّاسِ لَا يَشْكُرُونَ ﴿٣٨﴾

৩৯। "অদুগা ঐনা চৎলি ধর্ম্ম ইপা-ইপুশিংগীঃ (পুরেন) ইব্রাহীমগী অমসুং (ইপুথৌ) ইসহাক্কী অমসুং (পথৌ) য়াকুবকী। ঐখোই মতিক চাদে পুশনবা কনাগুম্বা অমতা শরুক য়ামিন্নবা ওইনা অল্লাহদা। মসি অল্লাহগী থৌজালনি ঐখোইগী ইথক্তা অমসুং মীওইবা জাতিগী মথক্তা, তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বান উত্তে তৌবিমল খঙবা (অল্লাহদা)।

يَٰصَىٰحِبَىِ ٱلسِّجْنِ ءَأَرْبَابٌ مُّتَفَرِّقُونَ خَيْرٌ أَمِ ٱللَّهُ ٱلْوَٰحِدُ ٱلْقَهَّارُ ﴿٣٩﴾

৪০। "হে ঐগী বন্দীমরূপ অনি! মখল মখাগী মপুশিংনা হেন্না ফব্রা নত্রগা অল্লাহ, একা মথন্তা ঙাইবা, খ্বাইদগী হেন্না মকোক ওইবনা (হেন্না ফব্রা)?

مَا تَعْبُدُونَ مِن دُونِهِۦٓ إِلَّآ أَسْمَآءً سَمَّيْتُمُوهَآ أَنتُمْ وَءَابَآؤُكُم مَّآ أَنزَلَ ٱللَّهُ بِهَا مِن سُلْطَٰنٍ ۚ إِنِ ٱلْحُكْمُ إِلَّا لِلَّهِ ۚ أَمَرَ أَلَّا تَعْبُدُوٓا۟ إِلَّآ إِيَّاهُ ۚ ذَٰلِكَ

৪১। "নখোইনা তৌই ঈরাৎ পুজা অল্লাহ নত্তবগী, তৌইগুম্বসুং (নখোইনা পূথোকপা) মমিংশিং আদু থোনখিবনি নখোইনা অমসুং নখোইগী নপা-নপুশিংনা; অল্লাহনা পীখিদে হুকুম মদুগী দমক। হুকুমদি অল্লাহতগীনি। মহাকনা হুকুম তৌবিখ্রে মদুদি নখোই বন্দগী তৌরাইদবনি

কনামতবু মহাক নত্তনা। মসি অচুম্বা দর্ম্মনি, তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা খঙদে (মসি)।

الدِّيْنُ الْقَيِّمُ وَلٰكِنَّ اَكْثَرَ النَّاسِ لَا يَعْلَمُوْنَ ۝

৪২। "হে ঐগী বন্দী মরূপ অনি! (হৌজিক তারো নখোইগী মঙগী ফল ঃ) নখোই (অনিগী মরক্তা) অমা (খানসমান)দি য়ু (গিলাস) লাংগনি মহাক্কী মবুঙোদা; তৈইগুম্বসুং অতোপ্পা (তলহৌব) দি হাৎলগনি উ কারলথক্তা য়ানখৎলগা, অদুনা (শাহিং চরাম্নরবা) চেকনা উচেকশিংনা চাগনি মহাকপু মকোক্তগী হৌদুনা ঃ নখোইনা হংজখিবা রাফমদু (হায়না) রারেপ তাখ্রবনি।"

يٰصَاحِبَيِ السِّجْنِ اَمَّآ اَحَدُكُمَا فَيَسْقِيْ رَبَّهٗ خَمْرًا ۚ وَاَمَّا الْاٰخَرُ فَيُصْلَبُ فَتَاْكُلُ الطَّيْرُ مِنْ رَّاْسِهٖ ؕ قُضِيَ الْاَمْرُ الَّذِيْ فِيْهِ تَسْتَفْتِيٰنِ ۝

৪৩। অদুগা [illegible] (নত্তুংদা) মহাকনা হায়খি মহাকনা খঙখিবা থারোকপিগনি হায়না মহাক অদুদা, মখোই অনিগী মরক্তা ঃ "(বন্দী শঙদগী নংনা থোকখ্রগা) নীংশিঙবিয়ু ঐবু নংগী নবুঙোদা (তাকননবা ঐবু ফাজিন্দুনা থাম্বিরিবসি)।" তৈইগুম্বসুং শৈতান্না কাউহনবিখ্রে মহাকপু নীংশিঙবা মহাক্কী মবুঙোদা, মরমদুনা (লায়বক থীরবা য়ুসুফ) মহাক বন্দী লৈত্রে চহি খরা।

وَقَالَ لِلَّذِيْ ظَنَّ اَنَّهٗ نَاجٍ مِّنْهُمَا اذْكُرْنِيْ عِنْدَ رَبِّكَ ؗ فَاَنْسٰىهُ الشَّيْطٰنُ ذِكْرَ رَبِّهٖ فَلَبِثَ فِي السِّجْنِ بِضْعَ سِنِيْنَ ۝

৬ শুবা রুকূ

৪৪। অদুগা (নোংমা নুমিত্তা) নিংথৌনা হায়খি ঃ "ঐনা উখি (মঙদা) যমুক অমোম অনোইবা তরেৎপু ময়াং কংথরিক কংবা তরেৎনা চাবা অমসুং অশংবা (মহৈ-মরোংগী) চরোং তরেৎ অমসুং অতোপ্পা কংশিন খুইজিল্লবা (চরোং তরেৎ, অকংবদুনা চাগদবগী তৌবা অশংবদুবু)। হে অঙম্বশিং! শুগায়না তাকও ঐঙোন্দা ঐগী মঙসে, নখোইনা ঙমলবদি মঙফল তাকপা।"

وَقَالَ الْمَلِكُ اِنِّيْٓ اَرٰى سَبْعَ بَقَرٰتٍ سِمَانٍ يَّاْكُلُهُنَّ سَبْعٌ عِجَافٌ وَّسَبْعَ سُنْۢبُلٰتٍ خُضْرٍ وَّاُخَرَ يٰبِسٰتٍ ؕ يٰٓاَيُّهَا الْمَلَاُ اَفْتُوْنِيْ فِيْ رُءْيَايَ اِنْ كُنْتُمْ لِلرُّءْيَا تَعْبُرُوْنَ ۝

৪৫। মখোইনা পাওখুমখি ঃ "মদু মফম-মরাং খঙদবা মঙজোইনি অমসুং ঐখোই খঙজদে মঙফল তাকপা।"

قَالُوْٓا اَضْغَاثُ اَحْلَامٍ ۚ وَمَا نَحْنُ بِتَاْوِيْلِ الْاَحْلَامِ بِعٰلِمِيْنَ ۝

৪৬। অদুগা (বন্দী) অনিগী মরক্তা (হান্না) থাদোকখিবা মহাকনা, মতম কুইনগী মতুংদা নীংশিংলক্লুনা হায়খিঃ "ঐনা খঙহনজগনি নখোইদা মদুগী ফল; মরমদুনা থাবিয়ু ঐবু (মদু তৌনবগীদমক)।"

وَقَالَ الَّذِيْ نَجَا مِنْهُمَا وَادَّكَرَ بَعْدَ اُمَّةٍ اَنَا اُنَبِّئُكُمْ بِتَاْوِيْلِهٖ فَاَرْسِلُوْنِ ۝٤٥

৪৭। (য়ুসুফকী মনাক্তা চৎখিদুনা মহাকনা হায়রুই) "য়ুসুফ! হে অচুম্বা শকপান্নবা! শন্দোক্না তাকপিয়ু ঐখোইদা (মঙফল) ষমুক অমোম অনোইবা তরেৎপু ময়াং কংথরিক কংবা তরেৎনা চাবা; অমসুং অশংবা (মহৈ-মরোংগী) চরোং তরেৎ অমসুং অতোপ্পা কংশিন খুইজিল্লবা (চরোং তরেৎ, অকংবদুনা চাগদবগী তৌবা অশংবদুবু), অদুনা ঐনা হন্দুনা চৎখ্রগা (লোইশঙগী) মীশিংদা (তাকচরুনবা) অদুনা মখোইনা খঙজনবা।"

يُوْسُفُ اَيُّهَا الصِّدِّيْقُ اَفْتِنَا فِيْ سَبْعِ بَقَرٰتٍ سِمَانٍ يَّاْكُلُهُنَّ سَبْعٌ عِجَافٌ وَّسَبْعِ سُنْۢبُلٰتٍ خُضْرٍ وَّاُخَرَ يٰبِسٰتٍ لَّعَلِّيْۤ اَرْجِعُ اِلَى النَّاسِ لَعَلَّهُمْ يَعْلَمُوْنَ ۝٤٦

৪৮। য়ুসুফনা হায়খিঃ "নখোই (নিংথীজনা) তৌ লৌ-শিং উবগী থবক চহি মপুম তরেৎ মহৌশাগুম্না, অদুগী তুংদা নখোইনা খাউগৎ-পমখৈ থম্মু চরোং কায়দনা (তান চিরকলবদা শীজিন্নবগীদমক), নখোইনা চাগদৌবা খরা নত্তনা।

قَالَ تَزْرَعُوْنَ سَبْعَ سِنِيْنَ دَاَبًا ۚ فَمَا حَصَدْتُّمْ فَذَرُوْهُ فِيْ سُنْۢبُلِهٖۤ اِلَّا قَلِيْلًا مِّمَّا تَاْكُلُوْنَ ۝٤٧

৪৯। "মথংদা লাক্কনি মসিগী মতুংদা শাথীনা অৱাবা নংবা চহি তরেৎ, মদুনা তুমহনখ্রগনি নখোইনা হান্না লিশিনখিবা পুম্নমক মখোইগী-দমক, নত্তনা নখোইনা পৈশনহৌবদু।"

ثُمَّ يَاْتِيْ مِنْۢ بَعْدِ ذٰلِكَ سَبْعٌ شِدَادٌ يَّاْكُلْنَ مَا قَدَّمْتُمْ لَهُنَّ اِلَّا قَلِيْلًا مِّمَّا تُحْصِنُوْنَ ۝٤٨

৫০। "মথংদা (চহি মপুম তরেৎ চাক তাংখ্রবা) মতুং অদুদা লাক্কনি চহি অমা মদুদা মীশিং অৱাবা কোকলগনি অমসুং মখোইনা পীনরগনি খুদোল পোৎশিং অমগা তামগা।

ثُمَّ يَاْتِيْ مِنْۢ بَعْدِ ذٰلِكَ عَامٌ فِيْهِ يُغَاثُ النَّاسُ وَفِيْهِ يَعْصِرُوْنَ ۝٤٩

৭ শুবা রুকূ

৫১। অদুগা নিংথৌনা হায়খিঃ "পুরকও (মঙফল তাকলকপা মী) মহাকদু ঐঙোন্দা।"

وَقَالَ الْمَلِكُ ائْتُوْنِيْ بِهٖ ۚ فَلَمَّا جَآءَهُ الرَّسُوْلُ قَالَ

ارْجِعْ إِلَىٰ رَبِّكَ فَسْأَلْهُ مَا بَالُ النِّسْوَةِ الَّتِي قَطَّعْنَ أَيْدِيَهُنَّ ۚ إِنَّ رَبِّي بِكَيْدِهِنَّ عَلِيمٌ ﴿٥٠﴾

মরমদুনা দুতনা লাকখিবদা, য়ুসুফনা হায়খিঃ হন্দুনা চৎখ্রো নবুঙোগী মনাক্তা অমসুং হংঙু মঙোন্দা করি রাথোকনো নুপীশিংনা মখোইগী মখুৎশিং ককখিনদু। তশেংবমক ঐগী মপুনা খঙই মখোইগী থৌশীন-থৌরাং (ঐগী মায়োক্তা)।

قَالَ مَا خَطْبُكُنَّ إِذْ رَاوَدتُّنَّ يُوسُفَ عَن نَّفْسِهِ ۚ قُلْنَ حَاشَ لِلَّهِ مَا عَلِمْنَا عَلَيْهِ مِن سُوءٍ ۚ قَالَتِ امْرَأَتُ الْعَزِيزِ الْآنَ حَصْحَصَ الْحَقُّ أَنَا رَاوَدتُّهُ عَن نَّفْسِهِ وَإِنَّهُ لَمِنَ الصَّادِقِينَ ﴿٥١﴾

৫২। নিংথৌনা (কৌখৎখি শহরগী নুপীশিংদু অমসুং) হায়বিখিঃ "করি থৌদোক থোকখিবগে নখোইদা, নখোইনা থৌরাংখিবদা লাংথুহন্নবা য়ুসুফবু (জুলেখাগী নুংশি কোঙ্গোয় লাংদা) মশানা য়াদ-য়াদনা ?" মখোইনা পাওখুমখিঃ "অল্লাহনা থোকহন্দবা ওইসনু! ঐখোই খঙজদে ফত্তবা করিমত্তা মহাক্কী।" 'অজীজ (অঙম্বগী) মতালোইনা হায়খিঃ "হৌজিক অচুম্বদু ফোংদোরকলে। ঐমক্তা থৌরাংজখি লাংথুহন্নবা মহাকপু ঐগী নুংশি-কোঙ্গোয় লাংদা মশানা য়াদ-য়াদনা; থাঙ্গৈশেংবমক, মহাক অচুম্বা শকপান্নবনি।"

ذَٰلِكَ لِيَعْلَمَ أَنِّي لَمْ أَخُنْهُ بِالْغَيْبِ وَأَنَّ اللَّهَ لَا يَهْدِي كَيْدَ الْخَائِنِينَ ﴿٥٢﴾

৫৩। (য়ুসুফনা হায়খিঃ) "(ঐনা হায়জখিবনি মরম মুন্না থিজনবদু চথবিনবা হীনিংথৌনা) অদুনা ('অজীজ) মহাকনা খঙবিনবা মদুদি ঐ কদৌ-নুংদসু তৌজখিদে থাজবা য়াদবা (থবক অমত্তা) মঙোন্দা অরোনবদা; অমসুং অল্লাহনা লমজিং-বিদে ধর্ম্ম নাইদবশিংগী থৌশীন-থৌরাং পাংথোকপদা।

## সিপারহ ১৩ ঃ রমা উবররিউ

وَمَا أُبَرِّئُ نَفْسِي ۚ إِنَّ النَّفْسَ لَأَمَّارَةٌ بِالسُّوءِ إِلَّا مَا رَحِمَ رَبِّي ۚ إِنَّ رَبِّي غَفُورٌ رَّحِيمٌ ﴿٥٣﴾

৫৪। অদুগা ঐনা হায়জদে ঐ ইশামক লালহৈদ্রে (অমসুং অফবা ওইরে); তশেংবমক (মীগী) থরাইনা তৌনীংই ফত্তবা থবক, নত্তনা অদুগুম্বা (চনিং তাবা) মীওইশিং মখোইদু ঐগী মপুনা ভাকপি। থাঙ্গৈশেংবমক, ঐগী মপুদি য়োনজ কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَقَالَ الْمَلِكُ ائْتُونِي بِهِ أَسْتَخْلِصْهُ لِنَفْسِي ۖ فَلَمَّا

৫৫। অদুগা নিংথৌনা হায়বিখিঃ "পুরকও মহাকপু ঐঙোন্দা, ঐনা লৌশিনগনি। মহাকপু

ঐগীদমক্তা।" অদুগা মহাকনা ব্রা ঙাঙবদা মঙোন্দা, মহাকনা হায়বিখিঃ "তশেংবমক নংবু ঙসি ঐখোইনা ঈকাইখুম্নরবনি, (শোয়রোই হায়না) থ্‌ৎজরবনি।"

كَلَّمَهُ قَالَ إِنَّكَ الْيَوْمَ لَدَيْنَا مَكِينٌ أَمِينٌ ﴿٥٤﴾

৫৬। য়ুসুফনা হায়খি ঃ হাপ্পিযু ঐবু পুক্কে শেন্নবা ওইনা লৈবাক অসিগী, মরমদি ঐসে অফবা ঙাক-শেনবনি, খঙ-হৈবনি (পুক্কে পান্নবদা)।

قَالَ اجْعَلْنِي عَلَىٰ خَزَائِنِ الْأَرْضِ ۖ إِنِّي حَفِيظٌ عَلِيمٌ ﴿٥٥﴾

৫৭। অদুগা অসুম্না ঐখোইনা খোঙদাহনবিখি য়ুসুফবু লৈবাক অদুদা। মহাকনা লৈখি মদুগী মনুংদা মহাকনা অপাম-অপাম্বা মফমদা। ঐখোইনা পী ঐখোইগী থৌজাল ঐখোইনা অপাম্বা (মতিকচাব) দা, অমসুং ঐখোইনা (কদৌনুংদসু) মাঙহনবিদে মনা মথিন্ন অফবা খানবশিংগী।

وَكَذَٰلِكَ مَكَّنَّا لِيُوسُفَ فِي الْأَرْضِ يَتَبَوَّأُ مِنْهَا حَيْثُ يَشَاءُ ۚ نُصِيبُ بِرَحْمَتِنَا مَنْ نَشَاءُ ۖ وَلَا نُضِيعُ أَجْرَ الْمُحْسِنِينَ ﴿٥٦﴾

৫৮। অদুগা শিরবা মতুংগী পুন্সিগী মনা মথিন্না শোয়দনমক ফবা হেল্লি অদুগুম্বা মীওইশিংগী মখোইনা অচুম্বা থাজরবা অমসুং ভক্তি লৈরবদি (অল্লাহদা)।

وَلَأَجْرُ الْآخِرَةِ خَيْرٌ لِلَّذِينَ آمَنُوا وَكَانُوا يَتَّقُونَ ﴿٥٧﴾

৮ শুম্বরুকূ

৫৯। অদুগা (নোংমা নুমিৎ অমদা) য়ুসুফকী (মমা তিন্নদবা) মচিন মনাওশিং লাকলম্মী অমসুং চঙলকলম্মী মহাক্কী মমাংদা; অদুদা মহাকনা মশক খঙলম্মী মখোইবু, তৌইগুম্বসুং মখোইনদি মশক খঙলমদে মহাকপু।

وَجَاءَ إِخْوَةُ يُوسُفَ فَدَخَلُوا عَلَيْهِ فَعَرَفَهُمْ وَهُمْ لَهُ مُنْكِرُونَ ﴿٥٨﴾

৬০। অদুগা মহাকনা পীরবা মতমদা মখোইগী চিঞ্জাক, মহাকনা হায়খি ঃ "পুরকও নখোইগী নপা তিন্নবা ননাও নিপা (অমা লৈ নখোইনা হায়খি-বদু)। নখোই উদব্রা ঐনা (চিঞ্জাক পীবদা) পুরা রজন পীবনি, অমসুং ঐদি মীথুং মীরাকপশিংবু থোইদোক্না সেবা তৌবনি ?

وَلَمَّا جَهَّزَهُمْ بِجَهَازِهِمْ قَالَ ائْتُونِي بِأَخٍ لَكُمْ مِنْ أَبِيكُمْ ۚ أَلَا تَرَوْنَ أَنِّي أُوفِي الْكَيْلَ وَأَنَا خَيْرُ الْمُنْزِلِينَ ﴿٥٩﴾

৬১। "তৌইগুম্বসুং নখোইনা পুরক্তবদি মহাকপু ঐগী ইনাক্তা, নখোই ফংলোই (চিঞ্জাক) শরুক ঐঙোন্দগী, অমসুং নখোই (মতুংদা অমুকহন্না) লাকলগনু ঐঙোন্দা।"

فَإِنْ لَمْ تَأْتُونِي بِهِ فَلَا كَيْلَ لَكُمْ عِنْدِي وَلَا تَقْرَبُونِ ﴿٦٠﴾

قَالُوا سَنُرَاوِدُ عَنْهُ أَبَاهُ وَإِنَّا لَفَاعِلُونَ ﴿٦١﴾

৬১। মখোইনা পাওখুমখি ঃ "ঐখোইনা থেমজগনি মহাক্কী মপাবু থাদোকহন্নবগী মহাকপু অমসুং ঐখোইনা শোয়দনবা তৌজগনি।"

وَقَالَ لِفِتْيَانِهِ اجْعَلُوا بِضَاعَتَهُمْ فِي رِحَالِهِمْ لَعَلَّهُمْ يَعْرِفُونَهَا إِذَا انْقَلَبُوا إِلَىٰ أَهْلِهِمْ لَعَلَّهُمْ يَرْجِعُونَ ﴿٦٢﴾

৬২। অদুগা মহাকনা হায়রিখি মহাক্কী মনাইশিংদা ঃ "(লোন্না) হাপচিল্লু মখোইগী শেল (ঐখোইদা পীরম্বদু) মখোইগী মাল-খাওশিংদা অদুনা মখোইনা ফংজনবা মদু মখোইনা হনখ্রগা মখোইগী মতৃ-মচাশিংগী মনাক্তা. অদুনা মখোই অমুকহন্না লাকনবা।

فَلَمَّا رَجَعُوا إِلَىٰ أَبِيهِمْ قَالُوا يَا أَبَانَا مُنِعَ مِنَّا الْكَيْلُ فَأَرْسِلْ مَعَنَا أَخَانَا نَكْتَلْ وَإِنَّا لَهُ لَحَافِظُونَ ﴿٦٣﴾

৬৩। মরমদুনা মখোইনা হনখ্রগা মখোইগী পাখোগী মনাক্তা, মখোইনা হায়খি ঃ হো ঐখোইগী অপোকপা! (পুরকলিবা চিঙ্গাক অসিদগী হেন্না) শরুক পীবিররোই ঐখোইদা, মরম অদুনা থাবিয়ু ইনাওবু ঐখোইগা লোয়ননা, অদুনা ঐখোইনা ফংবা য়ানবা (ঐখোইগী শরুকদু)অমসুং ঐখোইনা শোয়দনাক শেন্নগনি মহাকপু।"

قَالَ هَلْ آمَنُكُمْ عَلَيْهِ إِلَّا كَمَا أَمِنْتُكُمْ عَلَىٰ أَخِيهِ مِنْ قَبْلُ فَاللَّهُ خَيْرٌ حَافِظًا وَهُوَ أَرْحَمُ الرَّاحِمِينَ ﴿٦٤﴾

৬৪। মহাকনা হায়খি ঃ "ঐ ওস্সোই শীন্নবা মহাকপু, নত্তনা ঐনা শীন্নখিবদু নাখোইদা মহাক্কী ময়াম্ববু মমাংঙৈদা। (নাখোইনা শেন্নগনি হায়রিব্রা মহাকপু?) তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা খ্বাইদগী হেন্না ঙাক-শেনবিহৈবনি অমসুং মহাকনা খ্বাইদগী হেন্না ঙাকপিহৈবনি ঙাকপিহৈবশিংগী মরক্তা।

وَلَمَّا فَتَحُوا مَتَاعَهُمْ وَجَدُوا بِضَاعَتَهُمْ رُدَّتْ إِلَيْهِمْ قَالُوا يَا أَبَانَا مَا نَبْغِي هَٰذِهِ بِضَاعَتُنَا رُدَّتْ إِلَيْنَا وَنَمِيرُ أَهْلَنَا وَنَحْفَظُ أَخَانَا وَنَزْدَادُ كَيْلَ بَعِيرٍ ذَٰلِكَ كَيْلٌ يَسِيرٌ ﴿٦٥﴾

৬৫। অদুগা মখোইনা হাংদোকপদা মখোইগী পোৎশিং মখোইনা ফংলম্মী মখোইগী শেল হল্লকপা মখোইদা। (অদুদা) মখোইনা হায়খি ঃ "হো ঐখোইগী অপোকপা! ঐখোই করি (অমুক) হেন্না পামখিসিগে? য়েংউ ঐখোইগী শেল (পীরম্বা) দুম হনবিরকখ্রে। ঐখোই পুরক্কনি (চিঙ্গাক) শরুক (হেন্না) ঐখোইগী ইমুংগী (ঐখোইনা য়ারবদি মহাকনা হায়বা), অমসুং ঐখোইনা শেন্নবিগনি ঐখোইগী ইনাওবু অমসুং ঐখোইনা (আশা তৌই চিঙ্গাক) শরুক উট মপোৎ অমা ফংগনি। শরুক অসি লায়না ফংলগদবনি।"

৬৭। মহাকনা হায়খিঃ "(ইচাশা!) ঐনা থাবিরোই মহাকপু নখোইগা লোয়ননা নখোইনা পীদরিবা ফাওনা ঐঙোন্দা অচেৎপা য়াশক অমা অল্লাহগী মমিংদা মদুদি নখোইনা শোয়দনমক পুরক্কনি মহাকপু ঐঙোন্দা, করিগুম্বা (ফিবম অমনা) নখোইবু পুংকোয়-কোয়শনখিবা নত্তবদি।" অদুগা মখোইনা অচেৎপা য়াশক পীরবা মতমদা, মহাকনা হায়খিঃ "অল্লাহনা ঙাক- শেল্লি ঐখোইনা ঙাঙ-শকলিবা পুম্নমক।"

قَالَ لَنْ أُرْسِلَهُ مَعَكُمْ حَتّٰى تُؤْتُوْنِ مَوْثِقًا مِّنَ اللّٰهِ لَتَأْتُنَّنِيْ بِهٖٓ اِلَّآ اَنْ يُّحَاطَ بِكُمْ ۚ فَلَمَّآ اٰتَوْهُ مَوْثِقَهُمْ قَالَ اللّٰهُ عَلٰى مَا نَقُوْلُ وَكِيْلٌ ﴿٦٦﴾

৬৮। অদুগা (মখা শমথদুনা) মহাকনা হায়খিঃ ইচাশা! থোং অমদা (নখোই পুন্না) চঙগনু, তৌইগুম্বসুং চঙগু তোঙান-তোঙানবা থোংদা; অমসুং ঐনা (তাক্কদৌবমখে তাক্কনসু) তেংবাংবা ঙমলোই নখোইবু অল্লাহগী (হুকুমগী) মায়োক্তা। হুকুমদি অল্লাহতগীনি। মহাকপু ঐনা আশা তৌজে অমসুং মহাকপু আশা তৌজসনু আশা তৌবশিংনা।

وَقَالَ يٰبَنِيَّ لَا تَدْخُلُوْا مِنْۢ بَابٍ وَّاحِدٍ وَّادْخُلُوْا مِنْ اَبْوَابٍ مُّتَفَرِّقَةٍ ۗ وَمَآ اُغْنِيْ عَنْكُمْ مِّنَ اللّٰهِ مِنْ شَيْءٍ ۗ اِنِ الْحُكْمُ اِلَّا لِلّٰهِ ۗ عَلَيْهِ تَوَكَّلْتُ ۚ وَعَلَيْهِ فَلْيَتَوَكَّلِ الْمُتَوَكِّلُوْنَ ﴿٦٧﴾

৬৯। অদুগা মখোইনা চঙখিবা মতমদা মখোইগী পাপানা য়াথংনবিখিবা মতুংইন্না, (য়াকুবকী ওইহন্নীংবা থবক্তি থুংখি) তৌইগুম্বসুং মদুনা কান্নবা করিসু পীখিদে মখোইবু অল্লাহগী মায়োক্তা, নত্তনা য়াকুবকী পুকনিংদা অপাম্বা অমা লৈরম্মী মদু মহাকনা (হায়খিবা মতুংইন্না থুংখি;) অমসুং মহাক তশেংবমক জ্ঞানীনি, মরমদি ঐখোইনা তম্বিখি মহাকপু, তৌইগুম্বসুং মী তায়াম্বনা খঙদে (মদু)।

وَلَمَّا دَخَلُوْا مِنْ حَيْثُ اَمَرَهُمْ اَبُوْهُمْ ۗ مَا كَانَ يُغْنِيْ عَنْهُمْ مِّنَ اللّٰهِ مِنْ شَيْءٍ اِلَّا حَاجَةً فِيْ نَفْسِ يَعْقُوْبَ قَضٰىهَا ۗ وَاِنَّهٗ لَذُوْ عِلْمٍ لِّمَا عَلَّمْنٰهُ وَلٰكِنَّ اَكْثَرَ النَّاسِ لَا يَعْلَمُوْنَ ﴿٦٨﴾

৯ শুবা রুকু

৭০। অদুগা মখোইনা চঙখিবা মতমদা য়ুসুফকী মনাক্তা, (মহাকনা ওকখি মখোইবু তরাম-তরামনা অমসুং) মহাকনা লৈমিন্নখি মনাও নিপা (বনী অমীন) বু মহাকমক্কা লোয়ননা (অমসুং) হায়খিঃ "(ইবুঙো!) থাঙ্গৈশেংবমক ঐসে নংগী নয়াম্বা (য়ুসুফ) নি,. মরমদুনা (হৌজিক) করিসু

وَلَمَّا دَخَلُوْا عَلٰى يُوْسُفَ اٰوٰٓى اِلَيْهِ اَخَاهُ قَالَ اِنِّيْٓ

রাগনু মখোইনা তৌখিবগী (ঐখোইনা) অঙাং নাব্রা ওইরিঙৈদা)।''

أَنَا أَخُوكَ فَلَا تَبْتَئِسْ بِمَا كَانُوا يَعْمَلُونَ ۝٦٩

৭১। অদুগী তুংদা মহাকনা পীরবদা মখোইবু মখোইগী চিঞ্জাক, মহাকনা হাপচিনখি ঈশিং থক্লবা তেঙ্গোৎ অদু মনাও নিপাগী মাল-খাওদা। মসিগী মতুংদা (মখোইনা লম্বী খরা চৎখ্রবা মতমদা) অকৌবা মী অমনা লাউরকখি : ''হো লংফৈ চৎপা কাঙবু! নখোই তশেংনমক হুরানবশিংনি।''

فَلَمَّا جَهَّزَهُمْ بِجَهَازِهِمْ جَعَلَ السِّقَايَةَ فِي رَحْلِ أَخِيهِ ثُمَّ أَذَّنَ مُؤَذِّنٌ أَيَّتُهَا الْعِيرُ إِنَّكُمْ لَسَارِقُونَ ۝٧٠

৭২ মখোইনা, মমায় ওনশল্লক্লুনা, হায়খি : ''নখোইগী করি (পোৎ) মাঙখ্রবগে?''

قَالُوا وَأَقْبَلُوا عَلَيْهِمْ مَاذَا تَفْقِدُونَ ۝٧١

৭৩। মখোইনা হায়খি : ''ইনিংথৌগী পোৎ ওন্নবা তেঙ্গোৎ মাঙখ্রে, অমসুং কনাগুম্বনা পুথোরকলবদি মদু (ঐখোইনা থিদরিঙৈ মমাংদা, মহৈ-মরোং) উট মপোৎ অমা (মনা) ফংগনি : ঐহাক জামিন্নি মদুগী দমক।''

قَالُوا نَفْقِدُ صُوَاعَ الْمَلِكِ وَلِمَنْ جَاءَ بِهِ حِمْلُ بَعِيرٍ وَأَنَا بِهِ زَعِيمٌ ۝٧٢

৭৪। (মচিন মনাওশিং) মখোইনা হায়খি : ''অল্লাহগী কসম, নখোইনা খঙলিবা অদুমঙাই ঐখোই লাকপা নত্তে অমাঙবা তৌবগী লৈবাক অসিদা, অমসুং ঐখোই নত্তে হুরানবশিং।''

قَالُوا تَاللَّهِ لَقَدْ عَلِمْتُمْ مَا جِئْنَا لِنُفْسِدَ فِي الْأَرْضِ وَمَا كُنَّا سَارِقِينَ ۝٧٣

৭৫। অকৌবশিংনা পাওখুমখি : ''করি রায়েল-চৈরাক পীফম থোকপগে মসিগীদমক, নখোই মীনম্বা প্রমাণ ওইরবদি (ঐখোইনা য়েং-থিরবা মতুংদা)।''

قَالُوا فَمَا جَزَاؤُهُ إِنْ كُنْتُمْ كَاذِبِينَ ۝٧٤

৭৬। (মচিন মনাওশিং) মখোইনা হায়খি : ''মদুগী রায়েল-চৈরাক্তি—মী অমগী মাল-খাওদা মদু ফংলবদি, মহাক মশামক শেঙ্গোং ওইগনি মদুগীদমক।. অসুম্না ঐখোইনা নত্তি পী অরানবা তৌবশিংবু (ঐখোইগী লমগী চৎনবী মতুংইন্না)।''

قَالُوا جَزَاؤُهُ مَنْ وُجِدَ فِي رَحْلِهِ فَهُوَ جَزَاؤُهُ كَذَٰلِكَ نَجْزِي الظَّالِمِينَ ۝٧٥

৭৭। অদুগী তুংদা (অকৌবা মী) মহাকনা (থিবা শাক্তিন্নদুনা য়েংবা) হৌখি মখোইগী মাল খাওশিংদা মনাও নিপাগী খাও (য়েংদরিঙৈ)

فَبَدَأَ بِأَوْعِيَتِهِمْ قَبْلَ وِعَاءِ أَخِيهِ ثُمَّ اسْتَخْرَجَهَا

مِنْ وِّعَآءِ اَخِيْهِ ۗ كَذٰلِكَ كِدْنَا لِيُوْسُفَ ۗ مَا كَانَ لِيَاْخُذَ اَخَاهُ فِىْ دِيْنِ الْمَلِكِ اِلَّآ اَنْ يَّشَآءَ اللّٰهُ ۗ نَرْفَعُ دَرَجٰتٍ مَّنْ نَّشَآءُ ۗ وَفَوْقَ كُلِّ ذِىْ عِلْمٍ عَلِيْمٌ ۝٧٦

মমাংদা; মদুগী মতুংদা মহাকনা পুথোরকখি (তেঙ্গোৎ অদু) মনাও নিপাগী খাওদগী। অসুম্না ঐখোইনা তৌবিখি থৌরাং অমা য়ুসুফকীদমক (অদু নৎলমদ্রবদি) মহাকনা ঙমলমদে থমজিনবা মনাও নিপাবু নিংথৌগী আইন মতুংইন্না, অল্লাহনা করিগুম্বা তৌনীংলমদ্রবদি' ঐখোইনা থাক রাংখৎহনবি ঐখোইনা চানবিবা(মতিকচাব) শিংবু। অদুগা (খঙঙু) জ্ঞানী খুদিংগী মকোক থোংনা লৈবনি খ্বাইদগী হেন্না ইখঙ-খঙবা (মপু) অমা।

قَالُوْٓا اِنْ يَّسْرِقْ فَقَدْ سَرَقَ اَخٌ لَّهٗ مِنْ قَبْلُ ۚ فَاَسَرَّهَا يُوْسُفُ فِىْ نَفْسِهٖ وَلَمْ يُبْدِهَا لَهُمْ ۚ قَالَ اَنْتُمْ شَرٌّ مَّكَانًا ۚ وَاللّٰهُ اَعْلَمُ بِمَا تَصِفُوْنَ ۝٧٧

৭৮। মখোইনা (ঈকাই-নুংশি য়াম্নখিদুনা) হায়খি: "মহাকনা হুরাল্লবদি (করিসু ঙকনিঙঙাই থোক্কে, করিনা হায়ববু) মহাক্কী ময়াম্বা (য়ুসুফ কৌবা) অমসু তশেংনমক হুবানখি মমাংঙৈদা তৌইগুম্বসুং য়ুসুফনা লোৎশিল্লম্মী রাফমদু মহাক্কী মথম্মোইনুংদা অমসুং ফোংদোকখিদে মদু মখোইদা। মহাকনা (অসিতা) হায়খি: "নখোইগী ফিবমনা হেন্না ফত্তবনি; অল্লাহনা মুন্না ঙই নখোইনা হায়জিল্লিবদু।"

قَالُوْا يٰٓاَيُّهَا الْعَزِيْزُ اِنَّ لَهٗٓ اَبًا شَيْخًا كَبِيْرًا فَخُذْ اَحَدَنَا مَكَانَهٗ ۚ اِنَّا نَرٰىكَ مِنَ الْمُحْسِنِيْنَ ۝٧٨

৭৯। মখোইনা হায়খি: ঈকাইখুম্নরবা ইবুঙো! মহাক্কী মপাদু তহল ওইরে, মরম অদুনা খ্বিয়ু ঐখোই অমবু মহাক্কী মহুত্তা। তশেংনমক ঐখোইনা উই ইবুঙোদি (অমনি) অফবা খানবশিংগী (পুম্নমক্তা)।

قَالَ مَعَاذَ اللّٰهِ اَنْ نَّاْخُذَ اِلَّا مَنْ وَّجَدْنَا مَتَاعَنَا عِنْدَهٗٓ ۙ اِنَّآ اِذًا لَّظٰلِمُوْنَ ۝٧٩

৮০। য়ুসুফনা পাওখুম্বিখি (মখোইগী মচীন্না হায়লোকখিবা রাফমদা চেৎনা য়াম্নদুনা): "অল্লাহনা ঙাকপিসনু ঐখোইনা ফাজিনগদৌবদগী অতোপ্পা (মী) অমা নত্তনা ঐখোইগী পোৎ ফংবা মহাকদু, করিনা হায়ববু ঐখোই শোয়দনমক ওইগনি অরানবা লম্বীনবশিং।

১০ শুবা রুকূ

৮১। মরমদুনা মখোইনা আশা লৈতরবদা (য়ুসুফ) মঙোন্দা (মখোইনা হায়জরিবদু য়াবিরক্কনি হায়বগী). মখোই হন্দোক্তুনা লন্নাইগী ওইবা রা তান্নখি। মখোইগী লুচিংবনা হায়খি ঃ "নখোইবু খঙদব্রা নখোইগী অপোকপনা লৌহৌখিদব্রা রাশক অমা নখোইদগী অল্লাহগী মমিংদা অমসুং অসিগী মমাংদা নখোইনা তৌগদবা নথৌ শোয়খিদব্রা য়ুসুফকী মরমদা? মরমসিনা ঐ থাদোকলরোই লৈবাক অসি ঐগী পথৌনা ময়াথং পীরক্তরিবা ফাওবা ঐঙোন্দা নত্তগা অল্লাহনা তৌবিরক্তরিবা ফাওবা রায়েল অমা ঐগীদমক। অদুগা অল্লাহদি খ্বাইদগী হেন্না ফবা রায়েল্লাকপনি।

فَلَمَّا اسْتَيْـَٔسُوا مِنْهُ خَلَصُوا نَجِيًّا ۖ قَالَ كَبِيرُهُمْ أَلَمْ تَعْلَمُوا أَنَّ أَبَاكُمْ قَدْ أَخَذَ عَلَيْكُمْ مَوْثِقًا مِنَ اللَّهِ وَمِنْ قَبْلُ مَا فَرَّطْتُمْ فِي يُوسُفَ ۖ فَلَنْ أَبْرَحَ الْأَرْضَ حَتَّىٰ يَأْذَنَ لِي أَبِي أَوْ يَحْكُمَ اللَّهُ لِي ۖ وَهُوَ خَيْرُ الْحَاكِمِينَ ﴿٨١﴾

৮২। "হনখ্রো নখোই নখোইগী ববাজানগী মনাক্তা অমসুং হায়য়ু ঃ হো ঐখোইগী অপোকপা! নপারি (অতোনবদু লমলেন মিসর লৈবাক্তা) লৌনম হুরাল্লুরে অমসুং ঐখোই সাক্ষীনি ঐখোইনা খঙবা অদুতগী, অমসুং ঐখোইনা করিসু ঙমখিদে ঙাকথোকপা অমম্বগী নোংদমখোন।

ارْجِعُوا إِلَىٰ أَبِيكُمْ فَقُولُوا يَا أَبَانَا إِنَّ ابْنَكَ سَرَقَ ۚ وَمَا شَهِدْنَا إِلَّا بِمَا عَلِمْنَا وَمَا كُنَّا لِلْغَيْبِ حَافِظِينَ ﴿٨٢﴾

৮৩। "অদুগা হংবিয়ু ঐখোইনা লৈরম্বা শহর অদুদা. অমসুং ঐখোইগা লাকমিন্নখিবা খোঙবুদা ঃ অমসুং ঐখোই তশেংবমক অচুম্বা হায়বনি।"

وَاسْأَلِ الْقَرْيَةَ الَّتِي كُنَّا فِيهَا وَالْعِيرَ الَّتِي أَقْبَلْنَا فِيهَا ۖ وَإِنَّا لَصَادِقُونَ ﴿٨٣﴾

৮৪।
(পথৌ) মহাকনা হায়খি ঃ (অচুম্বনি মদু) নত্তে. নখোইনা পুথোকপনি রাফম অমা নখোইগী ফনঙাইগী। মরম অদুনা (হৌজিক) সবর তৌবনা ফৈ (ঐগীদি)। অল্লাহনা পুবিরক্কনি মখোই (অহুম্মক) পু ঐগী ইনাক্তা। থাঙ্গৈশেংবমক মহাক্তি পোং পুম্নমক খঙবনি. খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

قَالَ بَلْ سَوَّلَتْ لَكُمْ أَنْفُسُكُمْ أَمْرًا ۖ فَصَبْرٌ جَمِيلٌ ۖ عَسَى اللَّهُ أَنْ يَأْتِيَنِي بِهِمْ جَمِيعًا ۚ إِنَّهُ هُوَ الْعَلِيمُ الْحَكِيمُ ﴿٨٤﴾

وَتَوَلّٰى عَنْهُمْ وَقَالَ يٰٓاَسَفٰى عَلٰى يُوْسُفَ وَابْيَضَّتْ عَيْنٰهُ مِنَ الْحُزْنِ فَهُوَ كَظِيْمٌ ﴿٨٤﴾

৮৫। অদুগা মহাক মমায় ওথোকখ্রে মখোইদগী অমসুং (অৱাবনা ফুনগৎলক্লগা) হায়খি: আঃ ওথোকপনিদা য়ুসুফ ! অমসুং মহাক্কী মমিৎশিংদা পি ভৌশ্রোক-ভৌনা ঈৱা শীংথদুনা লৈখ্রে অৱা-মৈখু লাংদুনা, অদুগী তুংদা মহাকনা নমথখি (নুংগী অৱাবদু)।

قَالُوْا تَاللّٰهِ تَفْتَؤُا تَذْكُرُ يُوْسُفَ حَتّٰى تَكُوْنَ حَرَضًا اَوْ تَكُوْنَ مِنَ الْهٰلِكِيْنَ ﴿٨٥﴾

৮৬। (মচাশিং) মখোইনা হায়খি: "অল্লাহগী কসম! পথৌ নহাক তোকলরোই নীংশিংবা য়ুসুফবু (মহাক্কী প্রেমনা নুং চনখিবা মরম্না) অনাবনা শারাক ওইদ্রিবা ফাওবা নহাকপু নত্রগা নহাকনা শিবা তান্দরিবা ফাওবা।"

قَالَ اِنَّمَآ اَشْكُوْا بَثِّيْ وَحُزْنِيْٓ اِلَى اللّٰهِ وَاَعْلَمُ مِنَ اللّٰهِ مَا لَا تَعْلَمُوْنَ ﴿٨٦﴾

৮৭। মহাকনা পাওখুম্লখি: "(ইচাশা!) ঐনা ফোংদোকচে ঐগী খাংভমদবা অমসুং থরাই য়াম্না ৱাবা অল্লাহতদা, অমসুং ঐনা খঙই অল্লাহদগী নখোইনা খঙদবদু।

يٰبَنِيَّ اذْهَبُوْا فَتَحَسَّسُوْا مِنْ يُّوْسُفَ وَاَخِيْهِ وَلَا تَايْـَٔسُوْا مِنْ رَّوْحِ اللّٰهِ ۗ اِنَّهٗ لَا يَايْـَٔسُ مِنْ رَّوْحِ اللّٰهِ اِلَّا الْقَوْمُ الْكٰفِرُوْنَ ﴿٨٧﴾

৮৮। "ইচাশা! চৎলো নখোই অমসুং (কোয়না) থিয়ু য়ুসুফবু অমসুং মহাক্কী মনাও নিপাবু, অমসুং আশা কায়গনু অল্লাহগী থৌজাল ফংলরোই হায়গী। তশেংবমক কনা অমতনা আশা খাউ ক্লদে অল্লাহগী থৌজাল ফংলরোই হায়বগী লমফৈ-খোঙফম্নবা মীশিং নত্তনা।"

فَلَمَّا دَخَلُوْا عَلَيْهِ قَالُوْا يٰٓاَيُّهَا الْعَزِيْزُ مَسَّنَا وَاَهْلَنَا الضُّرُّ وَجِئْنَا بِبِضَاعَةٍ مُّزْجٰىةٍ فَاَوْفِ لَنَا الْكَيْلَ وَتَصَدَّقْ عَلَيْنَا ۗ اِنَّ اللّٰهَ يَجْزِي الْمُتَصَدِّقِيْنَ ﴿٨٨﴾

৮৯। মরমঅদুনা মখোই লাকখি (য়ুসুফ) মহাক্কী মনাক্তা অমসুং মখোইনা হায়জখি: "ঈকাইখুম্নরবা ইবুঙো! অৱা-অনংবদা ঈৱাক্নরে ঐখোই অমসুং ঐখোইগী ইমুংগী মীশিং, অমসুং ঐখোই পুজরকলি শেল খরদং, মরমদুনা (চানবিদুনা) পীবিয়ু (চিঞ্জাক) পুরা ৱজন অমসুং (ঐখোইদা পীবদু) দান ওইনা পীবিয়ু। তশেংবমক, অল্লাহনা মহৈ ইপী-পীবি দান তৌবশিংদা।"

قَالَ هَلْ عَلِمْتُمْ مَّا فَعَلْتُمْ بِيُوْسُفَ وَاَخِيْهِ اِذْ اَنْتُمْ جٰهِلُوْنَ ﴿٨٩﴾

৯০। মহাকনা হায়খি: "নখোই খঙব্রা নখোইনা করি তৌখি য়ুসুফ অমসুং মহাক্কী মনাও নিপাদা, নখোইনা অপঙবা ভাই ওইনরিঙৈদা ?"

৯১। মখোইনা হায়খিঃ "(অঙম্বা!) নহাকপু য়ুসুফ ওইরব্রা?" মহাকনা পাওখুমখিঃ "হোই, ঐসে য়ুসুফনি অমসুং (ইনাক্তা ফমলিবা ইবুঙো) অসি ইনাওনি। অল্লাহনা তশেংনমক থৌজালবি ঐখোইবু। থাঙ্গৈশেংবমক ধর্ম্ম লৈবা অমসুং অখাংকনবা মীদু—অল্লাহনা কদৌনুংদসু মাঙহনবিদে মনা-মথিন অফবা খানবশিংগী।"

قَالُوٓا أَءِنَّكَ لَأَنتَ يُوسُفُ قَالَ أَنَا يُوسُفُ وَهَٰذَآ أَخِى قَدْ مَنَّ ٱللَّهُ عَلَيْنَآ إِنَّهُۥ مَن يَتَّقِ وَيَصْبِرْ فَإِنَّ ٱللَّهَ لَا يُضِيعُ أَجْرَ ٱلْمُحْسِنِينَ ﴿٩٠﴾

৯২। মখোইনা হায়খিঃ "অল্লাহগী কসম! থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহনা চানবিখ্রে (নিংথীজবা) নহাকপু ঐখোইগী ইথক থোংনা, অমসুং ঐখোই তশেংবা পাপীশিংনি।"

قَالُوا تَٱللَّهِ لَقَدْ ءَاثَرَكَ ٱللَّهُ عَلَيْنَا وَإِن كُنَّا لَخَٰطِـِٔينَ ﴿٩١﴾

৯৩। মহাকনা হায়খিঃ "নখোইদা দোশ তৌনঙাই করিসু লৈতে ঙসি নুমিত্তা; অল্লাহনা কোকপিসনু নখোইবু, অমসুং মহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না লংজ-ঙাকপিহৈবনি ঙাকপিহৈবশিংগী মরক্তা।

قَالَ لَا تَثْرِيبَ عَلَيْكُمُ ٱلْيَوْمَ يَغْفِرُ ٱللَّهُ لَكُمْ وَهُوَ أَرْحَمُ ٱلرَّٰحِمِينَ ﴿٩٢﴾

৯৪। "পুদুনা চৎখ্রো নখোই ঐগী ফুরিৎ অসিগা লোয়নননা অমসুং থম্মু মসি ঐগী অববাজানগী মমাংদাঃ মহাকনা খঙলক্কনি (হৌজিক ফাওবা ঐ হিংলি হায়বা)। অদুগা পুরকও ঐঙোন্দা নখোইগী ইমুংগী মী পুম্নমক।"

ٱذْهَبُوا بِقَمِيصِى هَٰذَا فَأَلْقُوهُ عَلَىٰ وَجْهِ أَبِى يَأْتِ بَصِيرًا وَأْتُونِى بِأَهْلِكُمْ أَجْمَعِينَ ﴿٩٣﴾

১১ শুবা রুকূ

৯৫। অদুগা (মচিন মনাওশিং) খুৎপু অদুনা (মিসর লৈবাক) থাদোকখিবদা, (কেনান্দা থুংলদরিঙৈ মমাংদা), মখোইগী পখৌনা হায়খি (মহাক্কী মীশিংদা): "তশেংবমক ঐঙোন্দা ফাওরকই য়ুসুফকী মনম, নখোই লৌগনু ঐবু পেং চোয়রে হায়না।"

وَلَمَّا فَصَلَتِ ٱلْعِيرُ قَالَ أَبُوهُمْ إِنِّى لَأَجِدُ رِيحَ يُوسُفَ لَوْلَآ أَن تُفَنِّدُونِ ﴿٩٤﴾

قَالُوْا تَاللّٰهِ اِنَّكَ لَفِيْ ضَلٰلِكَ الْقَدِيْمِ ۝٩٥

৯৬। (লৈকোক লৈকায়গী মীশিং) মখোইনা হায়খি ঃ "অল্লাহগী কসম! নং অহল ওইবগী ফৈরেংনরবনি।"

فَلَمَّآ اَنْ جَآءَ الْبَشِيْرُ اَلْقٰىهُ عَلٰى وَجْهِهٖ فَارْتَدَّ بَصِيْرًا ۚ قَالَ اَلَمْ اَقُلْ لَّكُمْ ۚ اِنِّيْٓ اَعْلَمُ مِنَ اللّٰهِ مَا لَا تَعْلَمُوْنَ ۝٩٦

৯৭। অদুগী তুংদা (য়ুসুফকী মনাক্তা লৈহৌবা জুদহ কৌবনা) হরাওবা পাও পুরদুনা লাকখিবা মতমদা, মহাকনা থমখি (য়ুসুফনা পীরকখিবা ফুরিৎ) অদু (পখৌ) মহাক্কী মমাংদা. অদুদা মহাকনা ফংখি জ্ঞান অমা (য়ুসুফকী মরমদা)। মতমদুদা মহাকনা হায়খি ঃ "ঐনা হায়খিদ্রা নখোইদা ঃ ঐনা খঙই অল্লাহদগী নখোইনা খঙদবদু?"

قَالُوْا يٰٓاَبَانَا اسْتَغْفِرْ لَنَا ذُنُوْبَنَآ اِنَّا كُنَّا خٰطِـِٕيْنَ ۝٩٧

৯৮। (মচাশিং) মখোইনা (নুংশি-নীঙঙমদবা ৱাখলনা) হায়খি ঃ "হো ঐখোইগী পখৌও! হায়জবিয়ু (অল্লাহদা) ঐখোইগী ইপাপ কোকপিন-বগীদমক! ঐখোই থাঙ্গৈশেংবা অরানবা তৌরুরবশিংনি।"

قَالَ سَوْفَ اَسْتَغْفِرُ لَكُمْ رَبِّيْ ۗ اِنَّهٗ هُوَ الْغَفُوْرُ الرَّحِيْمُ ۝٩٨

৯৯। (পখৌ) মহাকনা (নুংশি-মোমোন্নৗনা) পাওখুম্নিখি ঃ "ঐনা শোয়দনমক হায়জবিগনি নখোইগী (নপাপ) কোকপিনবগী ঐগী মপুদা। থাঙ্গৈশেংবমক মহাক্তি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

فَلَمَّا دَخَلُوْا عَلٰى يُوْسُفَ اٰوٰٓى اِلَيْهِ اَبَوَيْهِ وَقَالَ ادْخُلُوْا مِصْرَ اِنْ شَآءَ اللّٰهُ اٰمِنِيْنَ ۝٩٩

১০০। মরমদুনা মখোই (ইমুং অপুম্বা হুপ্পুনা) লাকখ্রবা মতমদা য়ুসুফকী মনাক্তা, মহাকনা পীখি লৈফম মপা মমাবু মহাক্কী মনাক্তা অমসুং হায়খি ঃ "অল্লাহনা চানবিবগী মতুংইন্না নখোই চঙলো (মিসর লৈবাক্তা) অঙৈংবগা লোয়ননা।"

وَرَفَعَ اَبَوَيْهِ عَلَى الْعَرْشِ وَخَرُّوْا لَهٗ سُجَّدًا ۚ وَقَالَ يٰٓاَبَتِ هٰذَا تَاْوِيْلُ رُءْيَايَ مِنْ قَبْلُ ۡ قَدْ

১০১। অদুগা মহাকনা থাংগৎপিখি মপামমাবু গদ্দী মথক্তা, অমসুং মখোই (পুম্নমক্না) তৌখি সজদহ (অল্লাহদা) মহাক্কী (য়াইফ-মঙ্গলগী) দমক। অদুগা মহাকনা হায়খি ঃ "হো ঐগী ববাজান! মসি অর্থনি ঐনা মমাংঙৈদা মঙখিবা মঙগী। ঐগী মপুনা তশেংনমক ওইহনবিরে মদু

جَعَلَهَا رَبِّي حَقًّا ۖ وَقَدْ أَحْسَنَ بِي إِذْ أَخْرَجَنِي مِنَ السِّجْنِ وَجَاءَ بِكُم مِّنَ الْبَدْوِ مِن بَعْدِ أَن نَّزَغَ الشَّيْطَانُ بَيْنِي وَبَيْنَ إِخْوَتِي ۚ إِنَّ رَبِّي لَطِيفٌ لِّمَا يَشَاءُ ۚ إِنَّهُ هُوَ الْعَلِيمُ الْحَكِيمُ ⑩⑩

অচুম্বা। অদুগা তশেংবমক মহাকনা পীখি ঐঙোন্দা থৌজাল অমা মহাকনা পুথোকপিরকখিবদা ঐবু বন্দীদগী অমসুং পুবিরকখি নখোই পুম্নমকবু লৈকংলমদগী শৈতান্না পুকথিন পাওথিন্দুনা য়ানদবা থোকহনবিখ্রবা মতুংদা ঐ অমসুং ইচিন ইনাওশিংগী মরক্তা। থাজৈশেংবমক ঐগী মপুদি থৌজালবিহৈবনি মহাকনা চানবিবা (কনাগুম্ব) দা করিনা হায়ববু মহাক্তি পোৎ পুম্নমক খঙবনি. খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

رَبِّ قَدْ آتَيْتَنِي مِنَ الْمُلْكِ وَعَلَّمْتَنِي مِن تَأْوِيلِ الْأَحَادِيثِ ۚ فَاطِرَ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ أَنتَ وَلِيِّي فِي الدُّنْيَا وَالْآخِرَةِ ۖ تَوَفَّنِي مُسْلِمًا وَأَلْحِقْنِي بِالصَّالِحِينَ ⑩⑩

১০২। "ঐগী মপুও! তশেংবমক নহাকনা পীনবি শক্তি ঐঙোন্দা অমসুং তম্বি ঐবু মঙশিংগী অর্থ শন্দোক্না হায়বা। আসমান অমসুং পৃথিবীগী লৈশেম নুংশেম্বা! নহাক্তি ঐগী ঙাক-শেনবিবনি হন্দক্কী মপোক্তা অমসুং শিরবা মতুগী পুন্সিদসু। খম্নুং য়াহিপ তানহনবিয়ু ঐবু মুসলিম অমা ওইনা অমসুং তিম্নহনবিয়ু ঐবু ধর্ম্ম লৈবশিংগা।"

ذَٰلِكَ مِنْ أَنبَاءِ الْغَيْبِ نُوحِيهِ إِلَيْكَ ۖ وَمَا كُنتَ لَدَيْهِمْ إِذْ أَجْمَعُوا أَمْرَهُمْ وَهُمْ يَمْكُرُونَ ⑩⑩

১০৩। মসি পাওজেন্নি উদবগী, মদু ঐখোইনা ফোংদোকপিরিবনি নংঙোন্দা। অদুগা নং লৈরমদে (নংগী য়েক্নবশিং) মখোইগা লোয়ননা মখোইনা তৌসি হায়না লেপ্পুখিবদা মখোইগী থবক অমসুং মখোই থৌরাং লাংলম্মী (নংগী মায়োক্তা)।

وَمَا أَكْثَرُ النَّاسِ وَلَوْ حَرَصْتَ بِمُؤْمِنِينَ ⑩⑩

১০৪। অদুগা মী অয়াম্বনা করিসু থাজবিরোই (নংগী অচুম্বা পাওজেনশিংবু) নংনা থোইদনক পামলবসু মদুবু।

وَمَا تَسْأَلُهُمْ عَلَيْهِ مِنْ أَجْرٍ ۚ إِنْ هُوَ إِلَّا ذِكْرٌ لِّلْعَالَمِينَ ⑩⑩ ع

১০৫। অদুগা নংনা পীয়ু হায়দে মখোইদা মনা-মথিন করিমতা (নংনা কুরআনগী পাওজেন লাউথোকপা) অদুগী দমক। মসি করিসু নত্তে নীংশিঙহল্লিবা পোৎ অমা নত্তনা মীওইবা জাতি পুম্নমক্কী।

১২ শুবা রুকূ

وَكَأَيِّن مِّنْ آيَةٍ فِي السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ يَمُرُّونَ عَلَيْهَا

১০৬। অদুগা খুদম কয়াদা মশিং য়াম্না

وَهُمْ عَنْهَا مُعْرِضُونَ ۝١٠٦

আসমান অমসুং পৃথিবী (মকোয়দা) মখোইনা নাক হায়দুনা চৎলবা! অদুম ওইনমক মখোইনা মমায় ওন্থোকই মদুদগী।

وَمَا يُؤْمِنُ أَكْثَرُهُم بِاللَّهِ إِلَّا وَهُم مُّشْرِكُونَ ۝١٠٧

১০৭। অদুগা মখোই অয়াম্বনা থাজদে অল্লাহবু মশরুক য়ামিন্নবশিং থংজনবা নত্তনা মঙোন্দা।

أَفَأَمِنُوا أَن تَأْتِيَهُمْ غَاشِيَةٌ مِّنْ عَذَابِ اللَّهِ أَوْ تَأْتِيَهُمُ السَّاعَةُ بَغْتَةً وَهُمْ لَا يَشْعُرُونَ ۝١٠٨

১০৮। মখোইবু অকি-অখং লৈতরব্রা অল্লাহগী খংমাঙ-মাঙহনবা চৈরাক লাক্কনি হায়বগী মখোইদা নত্তগা পুংফমদু চঙলাক হিরাক লাক্কনি হায়বগী মখোইদা, মখোইনা করিসু খঙহৌদবদা ?

قُلْ هَٰذِهِ سَبِيلِي أَدْعُو إِلَى اللَّهِ ۚ عَلَىٰ بَصِيرَةٍ أَنَا وَمَنِ اتَّبَعَنِي ۖ وَسُبْحَانَ اللَّهِ وَمَا أَنَا مِنَ الْمُشْرِكِينَ ۝١٠٩

১০৯। হায়য়ু ঃ "মসি ঐগী লম্বীনি ঃ ঐনা কৌজে অল্লাহবু, ঐবু জ্ঞান তাহনবিরে অমসুং (অদুম্না তৌই) ঐগী তুং ইনবশিংসু। অদুগা অল্লাহদি অশেংবনি! অমসুং ঐ নত্তে (অমা, অল্লাহগা) শরুক য়ামিন্নবশিং লৈ হায়জিনবশিংগী।"

وَمَا أَرْسَلْنَا مِن قَبْلِكَ إِلَّا رِجَالًا نُّوحِي إِلَيْهِم مِّنْ أَهْلِ الْقُرَىٰ ۗ أَفَلَمْ يَسِيرُوا فِي الْأَرْضِ فَيَنظُرُوا كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الَّذِينَ مِن قَبْلِهِمْ ۗ وَلَدَارُ الْآخِرَةِ خَيْرٌ لِّلَّذِينَ اتَّقَوْا ۗ أَفَلَا تَعْقِلُونَ ۝١١٠

১১০। অদুগা ঐখোইনা থাখিদে নংগী মমাংদা (রসুল) কনামতা মী নত্তনা, শহরশিংদা লৈবা মীশিংদগী, মখোইদা ঐখোইনা থাবিখি (ঐখোইগী) রাপাও। মখোইনা পৃথিবী কোয়দব্রা অমসুং য়েংদব্রা মখোইগী মমাংদা লৈরম্বশিংগী পোল্লোই করি ওইখিবা? অদুগা তশেংবমক আখেরতকী য়ুমনা ফবা হেল্লি ভক্তি লৈবা মীওইশিংগীদমক। নখোইবু খঙদ্রব্রা ?

حَتَّىٰ إِذَا اسْتَيْأَسَ الرُّسُلُ وَظَنُّوا أَنَّهُمْ قَدْ كُذِبُوا جَاءَهُمْ نَصْرُنَا فَنُجِّيَ مَن نَّشَاءُ ۖ وَلَا يُرَدُّ بَأْسُنَا عَنِ الْقَوْمِ الْمُجْرِمِينَ ۝١١١

১১১। অদু য়ৌথ্রবা ফাওবদা মদুদি রসুলশিংনা (লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদা) আশা মাঙথ্রবদা অমসুং (লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা) রাখল তৌরকলবদা মখোইদা (রসুলশিংনা) মীনম্বা হায়জিনবিরে হায়না, ঐখোইগী মতেং লাকখি (রসুলশিং) মখোইদা অমসুং ঙাকপিখি ঐখোইনা চানবিবশিংবু। অদুগা ঐখোইগী রায়েল-চৈরাক থেদোকপিদে মরাল লৈরবা মীশিংদগী।

১১১। থাঙ্গৈশেংবমক মখোইগী ৱারীদা য়াওরি পারা অমা জ্ঞান তাবা মীশিংগীদমক। (কুরআন) অসি জাল তৌশিন্নবা ৱারী নত্তে, তৌইগুম্বসুং অচুম্বনি হায়না প্রমাণ পীবনি মাগী মমাংদা লৈরম্বা (ধর্ম্ম লাইরিক) অমসুং শুগায়না তাকপনি পোৎ পুম্নমক, অমসুং লমজিংনি অমসুং থৌজালনি অচুম্বা থাজবা মীশিংদা।

لَقَدْ كَانَ فِي قَصَصِهِمْ عِبْرَةٌ لِّأُولِي الْأَلْبَابِ ۗ مَا كَانَ حَدِيثًا يُفْتَرَىٰ وَلَٰكِن تَصْدِيقَ الَّذِي بَيْنَ يَدَيْهِ وَتَفْصِيلَ كُلِّ شَيْءٍ وَهُدًى وَرَحْمَةً لِّقَوْمٍ يُؤْمِنُونَ ﴿١١١﴾




অল-র'অদ

সূরহ ১৩

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ৪৪নি)

১ নবা রুকূ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংনা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ﴿١﴾

২। ঐ অল্লাহনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি, পোৎ পুম্নমক উবনি (অনল্লাহু আ'অলমু ৱরা) পুম্নমকসি আয়াতশিংনি (মপুং ফাবা) কিতাবকী। অনুগা নংঙোন্দা য়োংলোকপিখিবসু নংগী মপুগী মায়কৈনগী (শোয়দ্রবা) অচুম্বনি, তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা থাজদে (মদু)।

الٓمٓر ۚ تِلْكَ آيَاتُ الْكِتَابِ ۗ وَالَّذِي أُنزِلَ إِلَيْكَ مِن رَّبِّكَ الْحَقُّ وَلَٰكِنَّ أَكْثَرَ النَّاسِ لَا يُؤْمِنُونَ ﴿٢﴾

৩। অল্লাহনি মহাকনি, মহাকনা থাংগত্তুনা থম্মি আসমানবু নখোইনা (তরং-তরং) উবা ফংবা মখোঙ ইয়াও-য়াওদনা। অদুগী তুংদা মহাকনা লৌখিখি আরশ (শক্তিগী) কোইরেল ফম্বালথক্তা, অমসুং মহাকনা থমখি নুমিৎ অমসুং থাবু মথা পোন্না (মহাক্কী রায়েলগী); মখোই খুদিংনা (কায়দনা) চংলি মাগী মাগী লেপখিবা লম্বী। মহাকনা নিয়মনা লাকই থবক পুম্নমক। মহাকনা তশেংনা তাকথোকপি পাওজেলশিং অদুনা নখোইনা চেংনা থাজনবা নখোইগী মপুগা উনগনি হায়বদু (কিয়ামত নুমিত্তা)।

اللَّهُ الَّذِي رَفَعَ السَّمَاوَاتِ بِغَيْرِ عَمَدٍ تَرَوْنَهَا ۖ ثُمَّ اسْتَوَىٰ عَلَى الْعَرْشِ ۖ وَسَخَّرَ الشَّمْسَ وَالْقَمَرَ ۖ كُلٌّ يَجْرِي لِأَجَلٍ مُّسَمًّى ۚ يُدَبِّرُ الْأَمْرَ يُفَصِّلُ الْآيَاتِ لَعَلَّكُم بِلِقَاءِ رَبِّكُمْ تُوقِنُونَ ﴿٣﴾

وَهُوَ الَّذِي مَدَّ الْأَرْضَ وَجَعَلَ فِيهَا رَوَاسِيَ وَأَنْهَارًا ۖ وَمِنْ كُلِّ الثَّمَرَاتِ جَعَلَ فِيهَا زَوْجَيْنِ اثْنَيْنِ ۖ يُغْشِي اللَّيْلَ النَّهَارَ ۚ إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَاتٍ لِقَوْمٍ يَتَفَكَّرُونَ ٣

৪। অদুগা মহাকননি শন্দোকপিখিবা পৃথিবী অসি, অমসুং থম্বিখি মদুগী মনুংদা (অচেৎপা অমসুং অরাংবা) চীংজাওশিং অমসুং (ঈপান চাওনা চেনবা) তুরেলশিং। অদুগা উহৈ রাহৈ মখল খুদিংসু শেম্বি মহাকনা মদুগী মনুংদা জোরা জোরা—লাবা অমোম নাইনা। মহাকনা কুপশিনহল্লি অহিংনা নুংথিলবু। মসিদা শোয়দনমক লৈরে খুদমশিং ধ্যান তৌবা মীওইশিংগী।

وَفِي الْأَرْضِ قِطَعٌ مُتَجَاوِرَاتٌ وَجَنَّاتٌ مِنْ أَعْنَابٍ وَزَرْعٌ وَنَخِيلٌ صِنْوَانٌ وَغَيْرُ صِنْوَانٍ يُسْقَىٰ بِمَاءٍ وَاحِدٍ وَنُفَضِّلُ بَعْضَهَا عَلَىٰ بَعْضٍ فِي الْأُكُلِ ۚ إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَاتٍ لِقَوْمٍ يَعْقِلُونَ ٤

৫। অদুগা পৃথিবী লৈমায়থক্তা লৈ (তোঙান-তোঙানবা) লমশিং অমগা অমগা থংন-থংননা, অমসুং অঙ্গুরগী হৈকোনশিং, অমসুং মহৈ-মরোংগী লৌবুকশিং অমসুং খজুর পাম্বীশিং চবুন হৌবা অমসুং নাইতোম হৌবা—মখোইসি ঈশিং মখল অমতা চাইবনি; অদুম ওইনমক ঐখোইনা হেনহল্লি (হাউবা-থুম্বা) অতৈ অতোপ্পদগী মহৈদা। মসিদা শোয়দনমক লৈরে খুদমশিং অখঙবা মীওইশিংগী।

وَإِنْ تَعْجَبْ فَعَجَبٌ قَوْلُهُمْ أَإِذَا كُنَّا تُرَابًا أَإِنَّا لَفِي خَلْقٍ جَدِيدٍ ۗ أُولَٰئِكَ الَّذِينَ كَفَرُوا بِرَبِّهِمْ ۖ وَأُولَٰئِكَ الْأَغْلَالُ فِي أَعْنَاقِهِمْ ۖ وَأُولَٰئِكَ أَصْحَابُ النَّارِ ۖ هُمْ فِيهَا خَالِدُونَ ٥

৬। অদুগা নংনা অঙকপা চল্লবদি মখোইগী ঙাঙনবা রাদা ঃ "করি! ঐখোইবু শিদুনা লৈবাক ওনখ্রবদা, ঐখোইবু অমুক পীখিগদ্রা অনৌবা মপোক অমা," তশেংনমক অঙকপা ওইরিবদি মখোইনা হায়রিবা অদুনি। মখোইসি থাজদবনি মখোইগী মপুবু, অমসুং মখোইসি থাংগনি জিনজুর মঙকশমশিংদা; অমসুং মখোই মরূপশিংনি থাম্বি মৈগী, মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগনি।

وَيَسْتَعْجِلُونَكَ بِالسَّيِّئَةِ قَبْلَ الْحَسَنَةِ وَقَدْ خَلَتْ مِنْ قَبْلِهِمُ الْمَثُلَاتُ ۗ وَإِنَّ رَبَّكَ لَذُو مَغْفِرَةٍ لِلنَّاسِ

৭। অদুগা মখোইনা হায়জার নংঙোন্দা ফত্তবা থুনা থারক্লবা (মখোইদা) অফবা (থারক্তরিঙৈ)গী মমাংদা, তৌইগুম্বসুং রায়েল-চৈরাক্কী ফিদমনি-ঙঙাই ওইবা খুদমশিং তশেংনা (হান্না) থোকখ্রে মখোইগী মমাংদা। অদুগা থাজ্জেশেংবমক নংগী মপুদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি মীওইবশিংগীদমক মখোইনা ফনা য়াম্না ফত্তবা তৌরবসু; অমসুং

থাঙ্গৈশেংবমক নংগী মপুদি শাথীবনি লমল খুম্বদসু।

عَلٰى ظُلْمِهِمْ ۚ وَاِنَّ رَبَّكَ لَشَدِيْدُ الْعِقَابِ ٦

৮। অদুগা লমৈফে-খোঙফম্নবা মখোইদুনা হায়ঃ "করি মরমগী খুদম অমতা থারক্কবগে মঙোন্দা মহাক্কী মপুগী মায়কৈদগী?" (মদুগী মরমদি অসিনিঃ) নংদি তশেংবমক চেকশন-ব্রা-হায়বা মীনি, অমসুং লমজিংবা অমমম লৈ জাতি খুদিংগী।

وَيَقُوْلُ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا لَوْلَآ اُنْزِلَ عَلَيْهِ اٰيَةٌ مِّنْ رَّبِّهٖ ۗ اِنَّمَآ اَنْتَ مُنْذِرٌ وَّلِكُلِّ قَوْمٍ هَادٍ ٧

২ শুবা রুকূ

৯। অল্লাহনা খঙই নুপী খুদিংনা (মাগী-মাগী গর্ভদা) পুরিবদু, অমসুং গর্ভশিং (না থা শুদুনা) হংথরকপা (—লাইয়ৈ চংখিবা) অমসুং মখোইনা (থা শুদুনা) চাওখৎপা অমসুং পোকপা। অদুগা মহাক্কী মনাক্তা লৈ পোং খুদিংগী চপচাবা চাং।

اَللّٰهُ يَعْلَمُ مَا تَحْمِلُ كُلُّ اُنْثٰى وَمَا تَغِيْضُ الْاَرْحَامُ وَمَا تَزْدَادُ ۗ وَكُلُّ شَيْءٍ عِنْدَهٗ بِمِقْدَارٍ ٨

১০। মহাক্তি অখঙবনি অরোনবা অমসুং অফোংবগী, অচৌবনি খ্বাইদগী ইরাং-রাংবনি।

عٰلِمُ الْغَيْبِ وَالشَّهَادَةِ الْكَبِيْرُ الْمُتَعَالِ ٩

১১। মান্নবনি (মহাক্কী জ্ঞানদা) নখোইগী মরক্তা মরাইহে লোৎশনবসু অমসুং ফোংনা ঙাঙবসু; অমসুং অহিংদা নারোৎপসু অমসুং নুংথিলদা ফোংনা থোকপসু।

سَوَآءٌ مِّنْكُمْ مَّنْ اَسَرَّ الْقَوْلَ وَمَنْ جَهَرَ بِهٖ وَمَنْ هُوَ مُسْتَخْفٍۢ بِالَّيْلِ وَسَارِبٌۢ بِالنَّهَارِ ١٠

১২। (রসুল) মহাক্কীদমক লৈ (ঙাক-শেনবিনবা) ফরিশতহশিং মথং-মথং মহাক্কী মমাংদা অমসুং মহাক্কী মতুংদা, মখোইনা ঙাক-শেল্লি মহাকপু অল্লাহগী হুকুমনা। তশেংবমক অল্লাহনা হোংবিদে জাতি অমগী ফিবম, মখোইনা হোংদোকচদ্রিবা ফাওবা মখোইগী (মপুকনিংগী) ফিবম। অদুগা অল্লাহনা নীংলবদা চৈরাক থাবিগে হায়না জাতি অমবু, কনাসু লৈতে থত্তোকপিনবা মদু, নত্তগা মখোইগী লৈতে তেংবাংবিনবা কনামতা মহাক নত্তনা।

لَهٗ مُعَقِّبٰتٌ مِّنْۢ بَيْنِ يَدَيْهِ وَمِنْ خَلْفِهٖ يَحْفَظُوْنَهٗ مِنْ اَمْرِ اللّٰهِ ۗ اِنَّ اللّٰهَ لَا يُغَيِّرُ مَا بِقَوْمٍ حَتّٰى يُغَيِّرُوْا مَا بِاَنْفُسِهِمْ ۗ وَاِذَآ اَرَادَ اللّٰهُ بِقَوْمٍ سُوْٓءًا فَلَا مَرَدَّ لَهٗ ۚ وَمَا لَهُمْ مِّنْ دُوْنِهٖ مِنْ وَّالٍ ١١

১৩। মহাকননি উইহল্লিবা নখোইবু জুগনি নোংথাং অকিবা পোকহন্দুনা (নোং খোংবা অমসুং

هُوَ الَّذِيْ يُرِيْكُمُ الْبَرْقَ خَوْفًا وَّطَمَعًا وَّيُنْشِئُ السَّحَابَ

الثِّقَالَ (١٢)

খাকপগী) অমসুং আশা (নোং তাদুনা মনা-মশিং হৌরকপগী), অমসুং মহাকনা নংহল্লি নোং ফুইনা।

وَيُسَبِّحُ الرَّعْدُ بِحَمْدِهِ وَالْمَلَٰٓئِكَةُ مِنْ خِيفَتِهِ وَيُرْسِلُ الصَّوَاعِقَ فَيُصِيبُ بِهَا مَنْ يَشَآءُ وَهُمْ يُجَادِلُونَ فِي اللّٰهِ وَهُوَ شَدِيدُ الْمِحَالِ (١٣)

১৪। অদুগা নোং খোংবা অমসুং খাকপনা ঈকাইখুম্ননা থাগৎচে মহাকপু, অমসুং মওং অমতদা তৌত্তে ফরিশতহশিংনসু মহাকপু কিজবগী, অমসুং মহাকনা থাদোকই নত্ত্র অমসুং থোমগায় মদুগা লোয়ননা মহাকনা তৌনীংবা (লমহেনব) শিংবু, অদুম ওইনমক মখোইনা চীন্দান্নে অল্লাহগী মরমদা, তৌইগুম্বসুং মহাক্তি তমথীবনি রায়েল-চৈরাক পীবদা।

لَهُ دَعْوَةُ الْحَقِّ وَالَّذِينَ يَدْعُونَ مِنْ دُونِهِ لَا يَسْتَجِيبُونَ لَهُمْ بِشَيْءٍ إِلَّا كَبَاسِطِ كَفَّيْهِ إِلَى الْمَآءِ لِيَبْلُغَ فَاهُ وَمَا هُوَ بِبَالِغِهِ وَمَا دُعَآءُ الْكَٰفِرِينَ إِلَّا فِي ضَلَٰلٍ (١٤)

১৫। মহাক্তবু থুরুম খাজংবনা মতিকচাবনি। অদুগা মখোইনা কৌজরিবা মহাক নত্তবা (অতোপ্পা লাইশিং) না পাওখুম্বিদে মখোইদা, তৌইগুম্বসুং (মখোইগা) মান্নবগী মতৌদি (ঈশিং খৌরাংলবা) মী অমনা তিংথোকই মখুৎ অনিমক ঈশিংরোমদা, অদুনা মদু য়ৌরকনবা মহাক্কী মচীন্দা, তৌইগুম্বসুং মদু ইয়ৌ-য়ৌদে মদুদা। অসুম্না লমথৈ-খোঙফম্নবশিংগী হায়জনীজবদি অরেম্বদা মাঙজরবনি।

وَلِلّٰهِ يَسْجُدُ مَنْ فِي السَّمَٰوَٰتِ وَالْأَرْضِ طَوْعًا وَكَرْهًا وَظِلَٰلُهُمْ بِالْغُدُوِّ وَالْآصَالِ (١٥)

সজ্দহ

১৬। অদুগা অল্লাহদা চঙজবাঙাকনি আসমান অমসুং পৃথিবীদা লৈবশিং মশানা য়ানীংদুনা নত্ত্রগা মশানা য়ানীংদদুনা অমসুং মওং অমতদা। তৌই মখোইগী মমিশিংনসু, অয়ুক অমসুং নুমিদাংরাইদা।

قُلْ مَنْ رَبُّ السَّمَٰوَٰتِ وَالْأَرْضِ قُلِ اللّٰهُ قُلْ أَفَاتَّخَذْتُمْ مِنْ دُونِهِ أَوْلِيَآءَ لَا يَمْلِكُونَ لِأَنْفُسِهِمْ

১৭। হায়য়ু ঃ "কনানো (লৈশেম-নুংশেম্বা) মপু আসমানগী অমসুং পৃথিবীগী?" পাওখুম্মু ঃ "অল্লাহনি।" (অমুকসু) হায়য়ু ঃ "নখোইনা লৌত্রা মহাক নত্তবা অতে অতোপ্পবু ঙাক-শেনবিবা ওইনা মখোই করিসু মপাঙ্গল লৈতবনা কান্নবা নত্ত্রগা অমাঙবা তৌবগী মখোই মশাগীদমক্তা

نَفْعًا وَّلَا ضَرًّا ؕ قُلْ هَلْ يَسْتَوِى الْاَعْمٰى وَالْبَصِيْرُ ۙ اَمْ هَلْ تَسْتَوِى الظُّلُمٰتُ وَالنُّوْرُ ۚ اَمْ جَعَلُوْا لِلّٰهِ شُرَكَآءَ خَلَقُوْا كَخَلْقِهٖ فَتَشَابَهَ الْخَلْقُ عَلَيْهِمْ ؕ قُلِ اللّٰهُ خَالِقُ كُلِّ شَىْءٍ وَّهُوَ الْوَاحِدُ الْقَهَّارُ ﴿۱۶﴾

ফাওবা ?" (অমুকহন্না) হায়য়ু ঃ "মমিৎ উদবগা উবগা মান্নব্রা ? নত্ত্রগা অমম্বগা ঙঙানবগা মান্নব্রা ? নত্ত্রগা মখোইনা খোনজনব্রা অল্লাহদা মশরুক য়াম্নিঅর্বাশিং লৈ মখোইনা (সু) শেম শাই মহাকনা শেম-শাবগুম্বা অদুনা (মখোইনা শেম্বগা অমসুং মহাকনা শেম্বগা) খুৎশেম (অনি) দু মান্নবগুম উখ্রে মখোইদা ?" (অরোয়বা ওইনা) হায়য়ু ঃ "অল্লাহ (ত) নি শেম-শাবা (মপু) পোৎ পুম্নামক্কী, অমসুং মহাক্তি এক্না মথন্তানা, খুদিংগী ঙম-ঙম্বনি।

اَنْزَلَ مِنَ السَّمَآءِ مَآءً فَسَالَتْ اَوْدِيَةٌۢ بِقَدَرِهَا فَاحْتَمَلَ السَّيْلُ زَبَدًا رَّابِيًا ؕ وَمِمَّا يُوْقِدُوْنَ عَلَيْهِ فِى النَّارِ ابْتِغَآءَ حِلْيَةٍ اَوْ مَتَاعٍ زَبَدٌ مِّثْلُهٗ ؕ كَذٰلِكَ يَضْرِبُ اللّٰهُ الْحَقَّ وَالْبَاطِلَ ؕ فَاَمَّا الزَّبَدُ فَيَذْهَبُ جُفَآءً ۚ وَاَمَّا مَا يَنْفَعُ النَّاسَ فَيَمْكُثُ فِى الْاَرْضِ ؕ كَذٰلِكَ يَضْرِبُ اللّٰهُ الْاَمْثَالَ ﴿۱۷﴾

১৮। (১) মহাকনা তাইহল্লি নোং-ঈশিং কোরৌ লোংখোলনিংদগী, অদুগী মতুংইন্না মপাক লানা চেল্লি ঈশিং খোংশিং মখোইগী চাং মতুংইন্না অমসুং ঈশিং ঈচেন্না (ঈমায়থক্তা) খোকহল্লি কাননাৎলনা কোঙ্গোল।

(২) অদুগা মখোইনা মৈদা শৌদোকহল্লবা (ধাতু) অদুদগী, লৈতেংশিং অমসুং কোল-লিকশিং শানবগী, (মহীগী মথক্তা) মপান কাখৎলি (কোঙ্গোল) অদুগুম্না। অসুম্না অল্লাহনা উৎপি (প্রমাণ পাংথে তৌবিদুনা) অচুম্বা অমসুং মীনম্বা। করিনা হায়বনু মপানদু (শীজন্নবা য়াদবা) অমোৎপা ওইনা (মথক্তা তাওখত্নুনা) মাঙখি (কোঙ্গোল তাকপগুম); তৌইগুম্বসুং মীশিংগী কান্ননিঙঙাই ওইবদু (মখাদা তুংদুনা) লৈহৌই মালেমথক্তা। অসুম্না অল্লাহনা পুথোকপি পান্দমশিং।

لِلَّذِيْنَ اسْتَجَابُوْا لِرَبِّهِمُ الْحُسْنٰى ؕ وَالَّذِيْنَ لَمْ يَسْتَجِيْبُوْا لَهٗ لَوْ اَنَّ لَهُمْ مَّا فِى الْاَرْضِ جَمِيْعًا وَّمِثْلَهٗ مَعَهٗ لَافْتَدَوْا بِهٖ ؕ اُولٰٓئِكَ لَهُمْ سُوْٓءُ الْحِسَابِ ۙ وَمَاْوٰىهُمْ جَهَنَّمُ ؕ وَبِئْسَ الْمِهَادُ ﴿۱۸﴾

১৯। অদুগুম্বা মীওইশিংদু মখোইনা পাওখুম্বা মখোইগী মপুদা (মতম-পুম্বগী) অফবনি। অদুগা (মপু) মঙোন্দা পাওখুমদর্বাশিংদো, মখোইনা পায়রবসু পৃথিবীদা লৈবা (পোৎ) পুম্নমক অমসুং মদুগা মান্নবা অমুক তিনশল্লবসু, মখোইনা শোয়দনমক কথোক্কনি মদু থাদোকমল ওইনা মখোইগীদমক্তা। মখোইসি ফত্তবা হিসাব লৌবিগনি অমসুং মখোইগী য়াতুংফমদি নরকনি; অমসুং নুংঙাইখিদ্রবা পোথাফমনি (মদু)।

৩ শুবা রুকূ

২০। নংঙোন্দা ফোংদোকপিখিবদু নংগী মপুগী মায়কৈদগী অচুম্বনি হায়বা (তশেংনা) খঙবা (মী) মহাক্ক; (বুদ্ধি লৌশিংদা) মান্নব্রা মমিৎ তাংবগা? জ্ঞান চৈরোইনবা মীশিংতনা রাখল খনগনি—

اَفَمَنۡ يَّعۡلَمُ اَنَّمَاۤ اُنۡزِلَ اِلَيۡكَ مِنۡ رَّبِّكَ الۡحَـقُّ كَمَنۡ هُوَ اَعۡمٰىؕ اِنَّمَا يَتَذَكَّرُ اُولُوا الۡاَلۡبَابِ ۝٢٠

২১। অল্লাহগী রাশক পাংথোকপশিংদু অমসুং লেপ্পখিবা রা থুগায়দবশিংদু (মশাগী থৌগাই মশক খঙনা),

الَّذِيۡنَ يُوۡفُوۡنَ بِعَهۡدِ اللّٰهِ وَلَا يَنۡقُضُوۡنَ الۡمِيۡثَاقَ ۝٢١

২২। অমসুং (পুন্না) তিন্নবশিংদু অল্লাহনা তিন্নৌ হায়না য়াথংনখিবগী মতুংইন্না অমসুং কিজবা মখোইগী মপুবু, অমসুং কিজবা ফত্তবা হিসাবপু।

وَالَّذِيۡنَ يَصِلُوۡنَ مَاۤ اَمَرَ اللّٰهُ بِهٖۤ اَنۡ يُّوۡصَلَ وَيَخۡشَوۡنَ رَبَّهُمۡ وَيَخَافُوۡنَ سُوۡۤءَ الۡحِسَابِؕ ۝٢٢

২৩। অদুগা অখাংকনবশিংদু (অরা-অনংবদা তারবা ফাওবদা) মখোইগী মপুগী য়াবিবা থিবগী, অমসুং নমাজ চাংনাইনা তৌবা, অমসুং দান পীথোকপা ঐখোইনা পীখিবদগী মখোইদা, লোন্না অমসুং ফোংনা, অমসুং ফত্তবা লম্বীনবা থিংবা অফবা খোঙফম্নদুনা; —অসিগুম্বা মীওইশিংসি ফংনিঙঙাইনি (পুমহেন-হেন্না ফবা) মনা-মথিন শিরবা মতুংগী ওইবা য়ুমগী—

وَالَّذِيۡنَ صَبَرُوا ابۡتِغَآءَ وَجۡهِ رَبِّهِمۡ وَاَقَامُوا الصَّلٰوةَ وَاَنۡفَقُوۡا مِمَّا رَزَقۡنٰهُمۡ سِرًّا وَّعَلَانِيَةً وَّيَدۡرَءُوۡنَ بِالۡحَسَنَةِ السَّيِّئَةَ اُولٰۤـئِكَ لَهُمۡ عُقۡبَى الدَّارِۙ ۝٢٢

২৪। মতম চুপ্পা নুংঙাইদুনতা লৈরগদবা (অঙৈংবগী) লৈকোনশিং, মদুদা চঙগনি মখোই লোয়ননা ধর্ম্ম ফম্বৈনবশিংগা মরক্তগী মখোইগী মপা-মপুশিংগী অমসুং মখোইগী মতালোইশিংগী অমসুং মখোইগী মচা-মশুশিংগী; অমসুং ফরিশতহশিং চঙলক্কনি মখোইদা থোঙ খুদিংদগী (সলাম কৎলহ-কৎলদুনা) —

جَنّٰتُ عَدۡنٍ يَّدۡخُلُوۡنَهَا وَمَنۡ صَلَحَ مِنۡ اٰبَآئِهِمۡ وَاَزۡوَاجِهِمۡ وَذُرِّيّٰتِهِمۡ وَالۡمَلٰۤـئِكَةُ يَدۡخُلُوۡنَ عَلَيۡهِمۡ مِّنۡ كُلِّ بَابٍۚ ۝٢٣

২৫। "অঙৈংবা লৈহনবিসনু নখোইদা; মরমদি নখোই অইন-কল্লম্মী; য়েংউ, কয়াদা নিংথীজখ্রবা অরামলনো (অরোয়বা) য়ুমগী!"

سَلٰمٌ عَلَيۡكُمۡ بِمَا صَبَرۡتُمۡ فَنِعۡمَ عُقۡبَى الدَّارِؕ ۝٢٤

২৬। অদুগা অল্লাহগী করার থুগায়বশিংদু মদু চেৎহনখ্রবা মতুংদা, অমসুং তোঙান তাহনবশিং অল্লাহনা তিন্নৌ হায়না য়াথংনবিখ্রবদা, অমসুং

وَالَّذِيۡنَ يَنۡقُضُوۡنَ عَهۡدَ اللّٰهِ مِنۡۢ بَعۡدِ مِيۡثَاقِهٖ

وَيَقْطَعُونَ مَآ أَمَرَ ٱللَّهُ بِهِۦٓ أَن يُوصَلَ وَيُفْسِدُونَ فِى ٱلْأَرْضِ ۙ أُو۟لَٰٓئِكَ لَهُمُ ٱللَّعْنَةُ وَلَهُمْ سُوٓءُ ٱلدَّارِ ۝٢٥

অমাঙবা থোকহনবশিং লৈবাক্তা—মখোইগী মথক্তা সিরাপনি, অমসুং মখোইগী দমক্তি অরানগী মশক ওইবা লৈফমনি।

ٱللَّهُ يَبْسُطُ ٱلرِّزْقَ لِمَن يَشَآءُ وَيَقْدِرُ ۚ وَفَرِحُوا۟ بِٱلْحَيَوٰةِ ٱلدُّنْيَا وَمَا ٱلْحَيَوٰةُ ٱلدُّنْيَا فِى ٱلْءَاخِرَةِ إِلَّا مَتَٰعٌ ۝٢٦

২৭। অল্লাহনা চাউথোকহনবি চিঞ্জাক অমসুং নীকশিল্লি মদু মহাকনা তৌবিনীংবা কনাগুম্বগী। অদুগা (সংসারদা থরাই লুপগ্রবশিং) মখোইনা নুংঙাইজে তাইবঙ পুন্সি খোঙকমদা, তৌই গুম্বসুং তাইবঙ পুন্সিসে মতম খরতগী নুংঙাইবনি, চাংদম্নরুবদা শিরবা মতুংগী পুন্সিগা।

4 শুবা রুকু

وَيَقُولُ ٱلَّذِينَ كَفَرُوا۟ لَوْلَآ أُنزِلَ عَلَيْهِ ءَايَةٌ مِّن رَّبِّهِۦ ۗ قُلْ إِنَّ ٱللَّهَ يُضِلُّ مَن يَشَآءُ وَيَهْدِىٓ إِلَيْهِ مَنْ أَنَابَ ۝٢٧

২৮। অদুগা লমখৈ-খোঙফম্নবশিংনা হায়ঃ "করি মরমগী খুদম অমতা থাবিরক্তনাগে মঙোন্দা মহাক্কী মপুদগী?" হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "অল্লাহনা লৈহনবি কৈরেংনহন্দুনা মহাকনা তৌবিনীংবা কনাগুম্ববু অমসুং লমজিংবি মহাক্কী মায়কৈদা (মপুকনিং শেংনা) ওনশিনজবা মখোইদু।

ٱلَّذِينَ ءَامَنُوا۟ وَتَطْمَئِنُّ قُلُوبُهُم بِذِكْرِ ٱللَّهِ ۗ أَلَا بِذِكْرِ ٱللَّهِ تَطْمَئِنُّ ٱلْقُلُوبُ ۝٢٨

২৯। অচুম্বা থাজখ্রবা মীশিংদু অমসুং মখোইগী মথম্মোইশিংনা শরুকাইনা পোথাবা অল্লাহবু নীংশিঙজবদা। য়েংউ! অল্লাহবু নীংশিঙজবদা (অচুম্বা থাজবশিংগী) থম্মোইশিংনা ফংজে পোথাবা।

ٱلَّذِينَ ءَامَنُوا۟ وَعَمِلُوا۟ ٱلصَّٰلِحَٰتِ طُوبَىٰ لَهُمْ وَحُسْنُ مَـَٔابٍ ۝٢٩

৩০। অচুম্বা থাজখ্রবা অমসুং অফবা থবকশিং খোঙফম্নবা মখোইদু নুংঙাইবনা মখোইগী (শরুক) নি, অমসুং (লোম্বা নাইদনা নুংঙাইবগী) য়াম্না ফবা মফমদা (মখোইগী) মহনকমনি।

كَذَٰلِكَ أَرْسَلْنَٰكَ فِىٓ أُمَّةٍ قَدْ خَلَتْ مِن قَبْلِهَآ أُمَمٌ لِّتَتْلُوَا۟ عَلَيْهِمُ ٱلَّذِىٓ أَوْحَيْنَآ إِلَيْكَ وَهُمْ يَكْفُرُونَ بِٱلرَّحْمَٰنِ ۚ قُلْ هُوَ رَبِّى لَآ إِلَٰهَ إِلَّا هُوَ عَلَيْهِ تَوَكَّلْتُ

৩১। অসুম্না ঐখোইনা থাবিখি নংবু জাতি অমদা, মখোইগী মমাংদা (লৈরম্মা) অতোপ্পা জাতিশিং (তুম্না) শিখ্রে, অদুনা নংনা থীথনবা মখোইদা ঐখোইনা ফোংদোকপিখিবদু নংঙোন্দা, মরমদি মখোইনা থাজদে থৌজালবিহৈবা মপুদা। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "মহাক্তি ঐগী মপুনি, মহাক নত্তবা চীঙু লাই কনাসু লৈতে। মহাকপু ঐনা কন্না

وَإِلَيْهِ مَتَابِ ﴿٣٠﴾

আশা তৌজে অমসুং মহাক্কী মায়কৈদা ঐ হনজনগনি।"

وَلَوْ أَنَّ قُرْآنًا سُيِّرَتْ بِهِ الْجِبَالُ أَوْ قُطِّعَتْ بِهِ الْأَرْضُ أَوْ كُلِّمَ بِهِ الْمَوْتَىٰ ۗ بَل لِّلَّهِ الْأَمْرُ جَمِيعًا ۗ أَفَلَمْ يَيْأَسِ الَّذِينَ آمَنُوا أَن لَّوْ يَشَاءُ اللَّهُ لَهَدَى النَّاسَ جَمِيعًا ۗ وَلَا يَزَالُ الَّذِينَ كَفَرُوا تُصِيبُهُم بِمَا صَنَعُوا قَارِعَةٌ أَوْ تَحُلُّ قَرِيبًا مِّن دَارِهِمْ حَتَّىٰ يَأْتِيَ وَعْدُ اللَّهِ ۚ إِنَّ اللَّهَ لَا يُخْلِفُ الْمِيعَادَ ﴿٣١﴾

৩২। অদুগা করিগুম্বা কুরআন অমা লৈরমলবা মদুনা চীংজাওশিং লেঙহনবা ঙমলমলবা নত্ত্রগা মদুনা পৃথিবীবু মচেৎ থোক্না খায়দোকপা ঙমলমলবা নত্ত্রগা মদুনা অশিবব্ (হিংগৎহন্দুনা) রা ঙাঙহনবা ঙমলমলবা ফাওবদা (লমহৈ-খোঙফম্নব-শিংনা থাজরমলোই মদু)। নত্তে, মখোইনা অচুম্বা থাজবগী মরম লোয়নমক অল্লাহ গীনি। অচুম্বা থাজবশিংনা (হৈজিক ফাওবা) খঙদ্রিব্রা অল্লাহনা করিগুম্বা তৌবনীংলমলর্বাদি মহাকনা শোয়দনমক লমজিংবিরমগনি মীওইবা জাতি পুম্নমকবু? অদুগা (করিগুম্বা অদুম্না তৌরমলগস্) লমহৈ-খোঙফম্নবশিংদো, অরা-অনং থোকপা তোকলম্মোই মখোইদা মখোইনা তৌখিবা (অরানবা থবক) শিংগী নত্ত্রগা মদু কুমথরমগনি মখোইগী ময়ুম মনাক্তা, অল্লাহগী রাশক পাংথোক্তরিবা ফাওবা। থাঙ্গৈশেংবমক, অল্লাহনা শোয়বিদে (মহাক্কী) রাশক।

### ৫ শুবা রুকূ

وَلَقَدِ اسْتُهْزِئَ بِرُسُلٍ مِّن قَبْلِكَ فَأَمْلَيْتُ لِلَّذِينَ كَفَرُوا ثُمَّ أَخَذْتُهُمْ ۖ فَكَيْفَ كَانَ عِقَابِ ﴿٣٢﴾

৩৩। অদুগা অশেংবমক নংগী মমাংদা রসুলশিংবু নোক্লবিখি, তৌইগুম্বসুং ঐনা য়েথোকপিখি মতম খরা লমহৈ-খোঙফম্নবশিংদা। (মখোইনা হেন্না ফৎশিল্লক্লবা) মতমদুদা ঐনা- ফাজিনবিখি মখোইবু। কয়াদা (অকিবগী মশক ওইবা) ঐগী রায়েল-চৈরাকদু!

أَفَمَنْ هُوَ قَائِمٌ عَلَىٰ كُلِّ نَفْسٍ بِمَا كَسَبَتْ ۗ وَجَعَلُوا لِلَّهِ شُرَكَاءَ قُلْ سَمُّوهُمْ ۚ أَمْ تُنَبِّئُونَهُ بِمَا لَا يَعْلَمُ فِي

৩৪। থরাই খুদিংগী মথক্তা মানা মানা তৌবা কমায়গী মিৎয়েং তাবিরিবা (মপু) মহাকদুনা হেক্তমক থাদোকপিগদ্রা মখোইবু চৈরাক থাবিদদুনা? অদুম ওইনা ওইনমকবু, মখোইনা থৈজল্লি শরুক য়ামিন্নবশিং অল্লাহদা। হায়য়ু (মখোইদা): "মমিং হায়য়ু মখোইগী?" নত্ত্রগা নখোইনা হায়বা ঙমগদ্রা মঙোন্দা মহাকনা খঙদবা

অমতং মালেমদা ? নত্ত্রগা মসি নখোইগী চীলহায় ওইব্রা ? (মদু) নত্তে, লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী থৌরাংদু ফজবা ওইনা উহনবিখ্রে মখোইগী মমিৎশিংদা অমসুং মখোইবু থত্তনা থম্বিখ্রে (অচুম্বা) লম্বীদগী। অদুগা অল্লাহনা লম্মুক্কহনবিখ্রবা মহাকদু ফংলরোই লমজিংবিনবা কনামতা।

الْاَرْضِ اَمْ بِظَاهِرٍ مِّنَ الْقَوْلِ ۭ بَلْ زُيِّنَ لِلَّذِيْنَ كَفَرُوْا مَكْرُهُمْ وَصُدُّوْا عَنِ السَّبِيْلِ ۭ وَمَنْ يُّضْلِلِ اللّٰهُ فَمَا لَهٗ مِنْ هَادٍ ﴿٣٣﴾

৩৫। (অরানবা লম্বীনবশিং) মখোইগীদমক্তি রায়েল-চৈরাকনি হন্দক্কী মপোক্তা, তৌইগুম্বসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিগী রায়েল-চৈরাকনা হেন্না অরাবগী মশক ওই; অমসুং মখোইগী লৈররোই ঙাকপিনবা কনামতা অল্লাহদগী।

لَهُمْ عَذَابٌ فِي الْحَيٰوةِ الدُّنْيَا وَلَعَذَابُ الْاٰخِرَةِ اَشَقُّ ۚ وَمَا لَهُمْ مِّنَ اللّٰهِ مِنْ وَّاقٍ ﴿٣٤﴾

৩৬। পান্দম অমদি স্বর্গ লৈকোন রাশর্ক পিরিবদু কায়দবশিংদা (অসিগুম্বনি); মখা অদুদা চেল্লি (লিক্লাই মহীনরবী) ভূরেলশিং। মদুগী উহৈশিং লেপনাইদবনি অমসুং মাগী উরুমসু অদুমঙাই। মসি মনা মথিল্লি পুণা চেনবশিংগী; অমসুং লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী মনা-মথিন্দি থাম্বি মৈনি।

مَثَلُ الْجَنَّةِ الَّتِيْ وُعِدَ الْمُتَّقُوْنَ ۭ تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ ۭ اُكُلُهَا دَاۗىِٕمٌ وَّظِلُّهَا ۭ تِلْكَ عُقْبَى الَّذِيْنَ اتَّقَوْا ڰ وَّعُقْبَى الْكٰفِرِيْنَ النَّارُ ﴿٣٥﴾

৩৭। অদুগা ঐখোইনা (হান্না) কিতাব পীখিবা মীশিংনা হরাওজে নংঙোন্দা ফোংদোকপিখিবা অদুদা। তৌইগুম্বসুং তিন্নরিবা মরূপশিংগী মরক্তা খরনা য়াদে শরুক অমা মদুগী। হায়য়ু (মখোইদা): "ঐবু য়াথংনবিখ্রে বন্দগী তৌ অল্লাহগী অমসুং লিংখৎকনু মপু ওইমিন্নবশিং মহাক্তা। মহাক্কী মায়কৈদা ঐনা কৌশিনজরি (নখোইবু), অমসুং মহাক্কী মায়কৈদা ঐ হমজনগনি।"

وَالَّذِيْنَ اٰتَيْنٰهُمُ الْكِتٰبَ يَفْرَحُوْنَ بِمَآ اُنْزِلَ اِلَيْكَ وَمِنَ الْاَحْزَابِ مَنْ يُّنْكِرُ بَعْضَهٗ ۭ قُلْ اِنَّمَآ اُمِرْتُ اَنْ اَعْبُدَ اللّٰهَ وَلَآ اُشْرِكَ بِهٖ ۭ اِلَيْهِ اَدْعُوْا وَاِلَيْهِ مَاٰبِ ﴿٣٦﴾

৩৮। অদুগা অসুম্না ঐখোইনা থাবিখি মসি তশেংবা হুকুম অমা ওইনা অররীদা। অদুগা নংনা করিগুম্বা তুং ইল্লবদি মখোইগী ফত্তবা অপাম্বশিংগী জ্ঞান

وَكَذٰلِكَ اَنْزَلْنٰهُ حُكْمًا عَرَبِيًّا ۭ وَلَىِٕنِ اتَّبَعْتَ اَهْوَاۗءَهُمْ بَعْدَ مَا جَاۗءَكَ مِنَ الْعِلْمِ ۙ مَا لَكَ مِنَ اللّٰهِ مِنْ وَّلِيٍّ

لاكপ্রবা মতুংদা নংঙোন্দা, নংগী লৈররোই মরূপ নত্তুগা ঙাকপিনবা কনামতা অল্লাহন্গী।

وَّلَا وَاقٍ

৬ শুবা রুকূ

৩৯। অদুগা থাঙ্গৎশেংবমক ঐখোইনা থাখি রসুলশিং নংগী মমাংদা, অমসুং ঐখোইনা পীখি মখোইদা মতাল্লোইশিং অমসুং মচাশিং। অদুগা রসুলগী (মতিক) নত্তে খুদম অমা হেক্তমক পুরকপা অল্লাহগী ময়াথং নত্তনা। অককৣবা মতম খুদিংগী লৈ (অল্লাহগী) হুকুম।

وَلَقَدْ اَرْسَلْنَا رُسُلًا مِّنْ قَبْلِكَ وَجَعَلْنَا لَهُمْ اَزْوَاجًا وَّذُرِّيَّةً ۗ وَمَا كَانَ لِرَسُوْلٍ اَنْ يَّاْتِيَ بِاٰيَةٍ اِلَّا بِاِذْنِ اللّٰهِ ۗ لِكُلِّ اَجَلٍ كِتَابٌ

৪০। অল্লাহনা মুৎথৎপি মহাকনা তৌনীংবা মতুংইন্না (নংগী য়েক্লবশিংগী পাঙ্গল) অমসুং লিংখৎপি (মহাকনা তৌনীংবা মতুংইন্না, অচুম্বগী পাঙ্গল); অমসুং মহাক্কী মনাক্তা লৈ কিতাবকী মমা (হৌফম মরু)।

يَمْحُوا اللّٰهُ مَا يَشَاۤءُ وَيُثْبِتُ ۚ وَعِنْدَهٗۤ اُمُّ الْكِتٰبِ

৪১। অদুগা ঐখোইনা উহল্লবসু নংবু (নপুন্সি খোঙফমদা) শরুক খরা ঐখোইনা রাশকপিখিবা অদুগী মখোইদা নত্তুগা ঐখোইনা শিহল্লবসু নংবু (মদু) থোক্তেরিঙৈগী মমাংদা, অদুমঙাই), নংগী তৌগদবা থবক্তি পাওজেন লাউথোকপনি অমসুং ঐখোইনা হিসাব লৌবনি (মখোইবু)।

وَاِنْ مَّا نُرِيَنَّكَ بَعْضَ الَّذِيْ نَعِدُهُمْ اَوْ نَتَوَفَّيَنَّكَ فَاِنَّمَا عَلَيْكَ الْبَلٰغُ وَعَلَيْنَا الْحِسَابُ

৪২। মখোই উদব্রা ঐখোই ইখোঙ থোংনা লাকলি মখোইগী মরমদমদা (অমসুং) ককথৎলি মদুগী চিদাইলম সিমানা? অদুগা অল্লাহনা রায়েলবি; কনানসু ঙমদে ককপা মহাক্কী রায়েল বিচার। অদুগা মহাক্তি থুবনি হিসাব লৌবদা।

اَوَلَمْ يَرَوْا اَنَّا نَاْتِي الْاَرْضَ نَنْقُصُهَا مِنْ اَطْرَافِهَا ۗ وَاللّٰهُ يَحْكُمُ لَا مُعَقِّبَ لِحُكْمِهٖ ۗ وَهُوَ سَرِيْعُ الْحِسَابِ

৪৩। অদুগা থাঙ্গৎমকশেংনা মখোইগী মমাংদা লৈরম্বা (মীরোন) শিংন (সু) তৌখি থৌরাংশিং তৌইগুম্বসুং (অশিংবা) থৌরাং পুমম্নমক লৈবনি অল্লাহ(গী খুদন)দা। মহাকনা খঙই থরাই খুদিংনা তৌবা কমায়; অমসুং লমফে গোঙকুম্নবশিংনা থুনা খঙলগনি কনানা অরোয়বা মনাফংবা শিরবা মতুংগী যুম (অসি)।

وَقَدْ مَكَرَ الَّذِيْنَ مِنْ قَبْلِهِمْ فَلِلّٰهِ الْمَكْرُ جَمِيْعًا ۗ يَعْلَمُ مَا تَكْسِبُ كُلُّ نَفْسٍ ۗ وَسَيَعْلَمُ الْكُفّٰرُ لِمَنْ عُقْبَى الدَّارِ

৪৪। অদুগা লমথৈ-খোঙফম্নবশিংনা (অপঙ ঙাইওইনদুনা) হায়ঃ "নং রসুল নত্তে।" (নং) পাওখুম্মুঃ "অল্লাহনা সাক্ষী ওইরবদি ওকলে ঐ অমসুং নখোইগী মরক্তা, অমসুং (সাক্ষীনি) কিতাব খঙবা মীসু।

وَيَقُولُ الَّذِينَ كَفَرُوا لَسْتَ مُرْسَلًا قُلْ كَفَىٰ بِاللَّهِ شَهِيدًا بَيْنِي وَبَيْنَكُمْ وَمَنْ عِنْدَهُ عِلْمُ الْكِتَابِ ﴿٤٣﴾



ইব্রাহীম সূরহ ১৪

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ৫৩নি)

১ নবা রুকূ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ﴿١﴾

২। ঐ অল্লাহনি, পোৎ পুম্নমক উবনি (অনল্লাহু অরা)। (মসি) কিতাবনি ঐখোইনা থাবিখিবনি নংঙোন্দা অদুনা নংনা পুথোরক্কবা মীওইবশিংবু অমম্বা (পর্দানুং)দগী অঙানবদা, মখোইগী মপুগী হুকুমনা, (নুমিৎকী মঙাল মরুম লংবা) লম্বীদা খ্বাইদগী হেন্না পাঙ্গলবা, থাগৎপদা মতিকচাবগী—

الٓرٰ كِتَابٌ أَنْزَلْنَاهُ إِلَيْكَ لِتُخْرِجَ النَّاسَ مِنَ الظُّلُمَاتِ إِلَى النُّورِ بِإِذْنِ رَبِّهِمْ إِلَىٰ صِرَاطِ الْعَزِيزِ الْحَمِيدِ ﴿١﴾

৩। অল্লাহ মহাক্কীনি আসমানদা লৈরিবা-পুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা-পুম্বা। অদুগা অৱাবনিদা! লমথৈ-খোঙফম্নবশিংদা থাবিগদৌরিবা শাথীবা ৱায়েল-চৈরাকদু :

اللَّهِ الَّذِي لَهُ مَا فِي السَّمَاوَاتِ وَمَا فِي الْأَرْضِ وَوَيْلٌ لِلْكَافِرِينَ مِنْ عَذَابٍ شَدِيدٍ ﴿٢﴾

৪। মখোইদুনা হেন্না পামশিল্লি তাইবঙ পুন্সিবু আখেরতকী পুন্সিদগী, অমসুং থিংই (মীশিংবু) অল্লাহগী লম্বীদগী অমসুং হোৎনৈ অপৈবা তাহন্নবগী মদু। মখোইসি খুমাং চাওশিনখ্রবনি অরানবদা।

الَّذِينَ يَسْتَحِبُّونَ الْحَيَاةَ الدُّنْيَا عَلَى الْآخِرَةِ وَيَصُدُّونَ عَنْ سَبِيلِ اللَّهِ وَيَبْغُونَهَا عِوَجًا ۚ أُولَٰئِكَ فِي ضَلَالٍ بَعِيدٍ ﴿٣﴾

৫। অদুগা ঐখোইনা থাখিদে রসুল কনামতা (তম্বিনবগী) নত্তনা মরোলদা মহাক্কী কাঙলুপকী

وَمَا أَرْسَلْنَا مِنْ رَسُولٍ إِلَّا بِلِسَانِ قَوْمِهِ لِيُبَيِّنَ

لَهُمْ ۖ فَيُضِلُّ اللّٰهُ مَنْ يَّشَآءُ وَيَهْدِيْ مَنْ يَّشَآءُ ۖ وَهُوَ الْعَزِيْزُ الْحَكِيْمُ ٥

অদুনা মহাকনা (শন্দোক্লা তম্বিদুনা) তশেংনা খঙহনবিনবা মখোইবু। মরমদুনা অল্লাহনা লম্মুকহনবি মহাকনা তৌবিনীংবশিংবু অদুগা মহাক্তি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَلَقَدْ اَرْسَلْنَا مُوْسٰى بِاٰيٰتِنَآ اَنْ اَخْرِجْ قَوْمَكَ مِنَ الظُّلُمٰتِ اِلَى النُّوْرِ ۙ وَذَكِّرْهُمْ بِاَيّٰىمِ اللّٰهِ ۗ اِنَّ فِيْ ذٰلِكَ لَاٰيٰتٍ لِّكُلِّ صَبَّارٍ شَكُوْرٍ ٦

৬। অদুগা ঐখোইনা থাখি মুসাবু ঐখোইগী খুদমশিংগা লোয়ননা (হুকুমসি তাকপিদুনা): "পুথোরকও নংগী মীশিং অমম্ব (গী পর্দানুং) দগী অঙানবদা অমসুং নীংশিঙঙু মখোইদা অল্লাহগী নুমিৎশিং।" তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদমশিং অখাংকনবা অমসুং তৌবিমল খঙবা খুদিংগী।

وَاِذْ قَالَ مُوْسٰى لِقَوْمِهِ اذْكُرُوْا نِعْمَةَ اللّٰهِ عَلَيْكُمْ اِذْ اَنْجٰىكُمْ مِّنْ اٰلِ فِرْعَوْنَ يَسُوْمُوْنَكُمْ سُوْٓءَ الْعَذَابِ وَيُذَبِّحُوْنَ اَبْنَآءَكُمْ وَيَسْتَحْيُوْنَ نِسَآءَكُمْ ۗ وَفِيْ ذٰلِكُمْ بَلَآءٌ مِّنْ رَّبِّكُمْ عَظِيْمٌ ٧

৭। অদুগা (নীংশিঙঙু) মুসানা হায়খি মহাক্কী মীশিংদা: নীংশিঙঙু অল্লাহগী থৌজাল তৌবিখিবদু নখোইগী নথক্তা মহাকনা কনবিখিবা মতমদা নখোইবু ফিরঔনগী মীশিংদগী মখোইনা পীখি নখোইবু শাথীনা ওৎ-নৈবা, হাৎপিদুনা নখোইগী নচা পিবাশিং অমসুং খাকপিখি নখোইগী মোমনু নুজাশিংবু। অদুগা মদু অচৌবা চাংয়েং অমনি নখোইগী মপুদগী।

২ শুবা রুকূ

وَاِذْ تَاَذَّنَ رَبُّكُمْ لَئِنْ شَكَرْتُمْ لَاَزِيْدَنَّكُمْ وَلَئِنْ كَفَرْتُمْ اِنَّ عَذَابِيْ لَشَدِيْدٌ ٨

৮। অদুগা (নীংশিঙঙু মতমদু) নখোইগী মপুনা লাউথোকপিখি (মুসাগী চীংথাং য়েনা): "নখোইনা তৌবিমল খঙবা উৎলবদি, ঐনা পীবিগনি নখোইদা (থৌজাল) হেন্না; তৌইগুম্বসুং নখোইনা তৌবিমল খঙবা উত্তরবদি, (খঙঙু) ঐগী রায়েল-চৈরাক থাঙ্গৈমকশেংনা তমথীবনি।"

وَقَالَ مُوْسٰٓى اِنْ تَكْفُرُوْٓا اَنْتُمْ وَمَنْ فِى الْاَرْضِ جَمِيْعًا ۙ فَاِنَّ اللّٰهَ لَغَنِيٌّ حَمِيْدٌ ٩

৯। অদুগা মুসানা হায়খি: "নখোইনা তৌবিমল খঙবা উত্তরবদি, নখোই অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা পুম্নমক পুল্লপ্লা পুনশল্লগসু নখোইনা ঙমলোই (শমলাং মফৈ অমা ফাওবা) অমাঙবা থোকহনবা অল্লাহদা: থাঙ্গৈশেংবমক, অল্লাহদি অরাৎ-অপা লৈতবনি, থাগৎপদা মতিকচাবনি।"

১০। লাকখিদব্রা পাওজেন নখোইদা নখোইগী মমাংদা লৈরম্বা (মীরোন) শিংগী ঃ নুহগী মীশিংগী অমসুং আদকী অমসুং সমূদকী ; অমসুং মখোইগী মতুং থংবশিংগী ? কনানসু খঙদে মখোইবু হৌজিক (ফাওবদা) অল্লাহ নত্তনা। মখোইগী রসুলশিং লাকখি মখোইদা তশেংবা খুদমশিংগা লোয়ননা, তৌগুম্বসুং মখোই (অশাউবা নুংঙাইতবা অনিনা খাব্রাংনখিদুনা) মখুৎশিং নমশিনখি মচীনশিংদা, অমসুং হায়খি ঃ "ঐখোইনা তশেংনমক য়াবিদ্রে (পাওজেন) অদুগা লোয়ননা নখোইবু থারকলিবদু, অমসুং তশেংনমক ঐখোইনা কন্না চিংনরি নখোইনা বারতোন তৌরিবা (ধর্ম্ম লম্বী) দু ঐখোইবু।"

أَلَمْ يَأْتِكُمْ نَبَؤُا الَّذِينَ مِنْ قَبْلِكُمْ قَوْمِ نُوحٍ وَعَادٍ وَثَمُودَ ۛ وَالَّذِينَ مِنْ بَعْدِهِمْ ۛ لَا يَعْلَمُهُمْ إِلَّا اللَّهُ ۚ جَاءَتْهُمْ رُسُلُهُمْ بِالْبَيِّنَاتِ فَرَدُّوا أَيْدِيَهُمْ فِي أَفْوَاهِهِمْ وَقَالُوا إِنَّا كَفَرْنَا بِمَا أُرْسِلْتُمْ بِهِ وَإِنَّا لَفِي شَكٍّ مِمَّا تَدْعُونَنَا إِلَيْهِ مُرِيبٍ ⑩

১১। মখোইগী রসুলশিংনা হায়খি ঃ "করি চিংনবা লৈবগে অল্লাহগী মরমদা, ।আসমান অমসুং পৃথিবীগী লৈশেম-নুংশেম্বদা ? মহাকনা বারতোন তৌরি নখোইবু (অচুম্বা ধর্ম্ম চৎনবগী) অদুনা মহাকনা কোকপিনবা নখোইবু নখোইগী নপাপশিং অমসুং য়েথোকপিনবা নখোইবু লেপখিবা মতম য়ৌদরিবা ফাওবা।" মখোইনা পাওখুমখি ঃ "নখোইসু মীশিংনি ঐখোইগুম্বা ; নখোইনা তোকহন্নীংই ঐখোইবু ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংনা ঈরাৎ পুজা তৌরম্বদু। মরমদুনা পুরকও ঐখোইদা তশেংবা দলিল।"

قَالَتْ رُسُلُهُمْ أَفِي اللَّهِ شَكٌّ فَاطِرِ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ ۖ يَدْعُوكُمْ لِيَغْفِرَ لَكُمْ مِنْ ذُنُوبِكُمْ وَيُؤَخِّرَكُمْ إِلَىٰ أَجَلٍ مُسَمًّى ۚ قَالُوا إِنْ أَنْتُمْ إِلَّا بَشَرٌ مِثْلُنَا تُرِيدُونَ أَنْ تَصُدُّونَا عَمَّا كَانَ يَعْبُدُ آبَاؤُنَا فَأْتُونَا بِسُلْطَانٍ مُبِينٍ ⑪

১২। মখোইগী রসুলশিংনা হায়খি মখোইদা ঃ "ঐখোই থাঙ্গেংশিংবা মীশিংনি নখোইগুম্বা, তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা পীবি (মহাক্কী) থৌজাল মহাকনা চানবিবা কনাগুম্বা (মতিকচাব) দা মহাক্কী মনাইশিংগী মরক্তা। অদুগা ঐখোইনা ঙমদে পুরকপা দলিল অমতা নখোইদা অল্লাহগী হুকুম নত্তনা। অদুগা অল্লাহ(ত) দা কন্না আশা তৌজে অচুম্বা থাজবশিংনা।

قَالَتْ لَهُمْ رُسُلُهُمْ إِنْ نَحْنُ إِلَّا بَشَرٌ مِثْلُكُمْ وَلَٰكِنَّ اللَّهَ يَمُنُّ عَلَىٰ مَنْ يَشَاءُ مِنْ عِبَادِهِ ۖ وَمَا كَانَ لَنَا أَنْ نَأْتِيَكُمْ بِسُلْطَانٍ إِلَّا بِإِذْنِ اللَّهِ ۚ وَعَلَى اللَّهِ فَلْيَتَوَكَّلِ الْمُؤْمِنُونَ ⑫

১৩। "অদুগা করি মরমগী ঐখোইনা আশা

وَمَا لَنَا أَلَّا نَتَوَكَّلَ عَلَى اللَّهِ وَقَدْ هَدَانَا سُبُلَنَا

وَلَنَصْبِرَنَّ عَلٰى مَآ اٰذَيْتُمُوْنَا ۭ وَعَلَى اللّٰهِ فَلْيَتَوَكَّلِ الْمُتَوَكِّلُوْنَ ﴿١٢﴾

তৌরোইদৌরি অল্লাহদা মহাকনা তশেংনমক লমজিংবিখ্রবদা ঐখোইবু ঐখোইগী (পুন্সি) লম্বীশিংদা ? অদুগা ঐখোইনা শোয়দনমক খাংগনি অইন কনবগা লোয়ননা নখোইনা ওৎ-নৈবা পুম্নমক ঐখোইদা; অমসুং অল্লাহদা আশা তৌজসনু আশা তৌবশিংনা।"

৩ শুবা রুকূ

وَقَالَ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا لِرُسُلِهِمْ لَنُخْرِجَنَّكُمْ مِّنْ اَرْضِنَآ اَوْ لَتَعُوْدُنَّ فِيْ مِلَّتِنَا ۭ فَاَوْحٰٓى اِلَيْهِمْ رَبُّهُمْ لَنُهْلِكَنَّ الظّٰلِمِيْنَ ﴿١٣﴾

১৪। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদুনা হায়খি মখোইগী রসুলশিংদা ঃ "ঐখোইনা শোয়দনমক তাথোকপিগনি নখোইবু ঐখোইগী ইরমদগী নখোইনা হল্লক্রবদি ঐখোইগী (পা-পুশিংনা চৎনরকখ্রবা) ধর্ম্মদা।" মরমদুনা মখোইগী মপুনা থাবিখি মখোইদা (রাপাও অসি) ঃ "ঐখোইনা শোয়দনমক মাঙহনবিগনি অরানবা লম্বীনবশিংবু।"

وَلَنُسْكِنَنَّكُمُ الْاَرْضَ مِنْۢ بَعْدِهِمْ ۭ ذٰلِكَ لِمَنْ خَافَ مَقَامِيْ وَخَافَ وَعِيْدِ ﴿١٤﴾

১৫। "অদুগা ঐখোইনা শোয়দনমক য়ুম তাহনবিগনি নখোইবু (মখোইগী) লম অদুদা মখোই (মাঙহনবিখ্রব)গী মতুংদা। (রাশক) অসি অসিগুম্বা মীওইগীনি মহাকনা কিজে লেপ্পা ঐগী রায়েল ফম্বে মমাংদা অমসুং কিজে ঐগী চেকশনহন্নবগীদমক তৌবা পাওমেন।"

وَاسْتَفْتَحُوْا وَخَابَ كُلُّ جَبَّارٍ عَنِيْدٍ ﴿١٥﴾

১৬। অদুগা (অরানবা লম্বীনবশিং) মখোইনা নীজখি (জয় অমসুং) রারেপ (রসুলগী মথক্তা), অমসুং (মদুগী ফল ওইনা) লমকেৎ লমহাইবা (অচুম্বগী) য়েক্লবা (মী) খুদিং করিমতা ওইখিদরে।

مِّنْ وَّرَاۗىِٕهٖ جَهَنَّمُ وَيُسْقٰى مِنْ مَّاۗءٍ صَدِيْدٍ ﴿١٦﴾

১৭। (অসিগুম্বা লমহেনবা মী) মহাক্কী মমাংদা (উবা ফংদনা) লৈরে নরক অমসুং মহাকপু পিথক্কনি ক্রুং-ক্রুং শৌবা ঈশিং,

يَّتَجَرَّعُهٗ وَلَا يَكَادُ يُسِيْغُهٗ وَيَاْتِيْهِ الْمَوْتُ مِنْ كُلِّ مَكَانٍ وَّمَا هُوَ بِمَيِّتٍ ۭ وَمِنْ وَّرَاۗىِٕهٖ عَذَابٌ

১৮। মহাকনা থক্কনি মদু খজিক খজিক অমসুং ঙমলোই য়োৎশনবা মদু ইলায়-লায়না; অমসুং অশিবা হুপ্পুনা লাক্কনি মঙোন্দা মায়কৈ খুদিংদগী, অদুম ওইনমক মহাক শিরোই (শিসি শিঙমদা

غَلِيظٌ ﴿١٧﴾

হিংসি হিংঙমদা হাও মাও তৌদুনা অদুম লৈরগনি)। অদুগা অসিতা নত্তনা লৈরি শাথীবা রায়েল-চৈরাক (কয়া, মহাক্কীদমক)।

مَثَلُ الَّذِينَ كَفَرُوا بِرَبِّهِمْ أَعْمَالُهُمْ كَرَمَادٍ اشْتَدَّتْ بِهِ الرِّيحُ فِي يَوْمٍ عَاصِفٍ لَا يَقْدِرُونَ مِمَّا كَسَبُوا عَلَىٰ شَيْءٍ ذَٰلِكَ هُوَ الضَّلَالُ الْبَعِيدُ ﴿١٨﴾

১৯। মখোইগী (থরাই অমসুং হকচাং থোকহনবা মপুদা থাজদবা মখোইদুগী মান্নবা মতৌদি অসিনি— মখোইনা তৌবা থবকশিং উৎপুম্বনি মালং নুংশিৎনা হুমদোকখিবা অকনবা নোং নুংশিৎকী নুমিৎ অমদা। মখোই মপাঙ্গল করিসু লৈরোই মখোইনা তৌখিবা কনায়গী মথক্তা। মসি লম্বী শেরান্নবা চখোকপানি (অচুম্বগী পনখৈদগী)।

أَلَمْ تَرَ أَنَّ اللَّهَ خَلَقَ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضَ بِالْحَقِّ إِنْ يَشَأْ يُذْهِبْكُمْ وَيَأْتِ بِخَلْقٍ جَدِيدٍ ﴿١٩﴾

২০। নং উদব্রা অল্লাহনা শেম-শাখি আসমান অমসুং পৃথিবীবু অচুম্বগা লোয়ননা? মহাকনা পামলবদি, মহাকনা ঙম্মি লোয়শিনবা নখোইবু অমসুং থোকহনবা অনৌবা খুৎশেম অমা (নখোইগী মহুত্তা)—

وَمَا ذَٰلِكَ عَلَى اللَّهِ بِعَزِيزٍ ﴿٢٠﴾

২১। অমসুং মদু অরুবা (থবক) নত্তে অল্লাহদা।

وَبَرَزُوا لِلَّهِ جَمِيعًا فَقَالَ الضُّعَفَاءُ لِلَّذِينَ اسْتَكْبَرُوا إِنَّا كُنَّا لَكُمْ تَبَعًا فَهَلْ أَنْتُمْ مُغْنُونَ عَنَّا مِنْ عَذَابِ اللَّهِ مِنْ شَيْءٍ قَالُوا لَوْ هَدَانَا اللَّهُ لَهَدَيْنَاكُمْ سَوَاءٌ عَلَيْنَا أَجَزِعْنَا أَمْ صَبَرْنَا مَا لَنَا مِنْ مَحِيصٍ ﴿٢١﴾

২২। অদুগা মখোই পুম্নমক হাজির তৌগনি (কিয়ামত নুমিত্তা) অল্লাহগী মমাংদা; মতমদুদা অশোনবনা হায়গনি (লুচিংবশিং অমসুং পুরিৎশিং) নাপল লুখোংনরম্বা মখোইদাঃ "তশেংবমক ঐখোই ওইরম্মী নখোইগী নতুং ইনবশিং। নখোই ঙমব্রা ঙাকথোকপা ঐখোইগী ইথক্তা থোমজিল্লিবা অল্লাহগী রায়েল-চৈরাক?" মখোইনা পাওখুমগনিঃ "অল্লাহনা লমজিং-বিরমলবদি ঐখোইবু, ঐখোইনা শোয়দনমক লমজিংবিরমগনি নখোইবু। হৌজিক ঐখোই চপমান্নে— ঐখোইনা মিপাইরবসু নত্তগা খাংবা কল্লবসুঃ (অরাবসি) ঐখোই নাথোকপা য়ারোইদৌরি।

৪ শুবা রুকূ

وَقَالَ الشَّيْطَانُ لَمَّا قُضِيَ الْأَمْرُ إِنَّ اللَّهَ وَعَدَكُمْ

২৩। অদুগা শৈতান্না হায়গনি, রারেপ তাবিশ্রবা মতমদাঃ "অল্লাহনা রাশখপিখি নখোইদা অচুম্বা

وَعْدَ الْحَقِّ وَوَعَدْتُّكُمْ فَأَخْلَفْتُكُمْ ۖ وَمَا كَانَ لِيَ عَلَيْكُم مِّن سُلْطَانٍ إِلَّا أَن دَعَوْتُكُمْ فَاسْتَجَبْتُمْ لِي ۖ فَلَا تَلُومُونِي وَلُومُوا أَنفُسَكُم ۖ مَّا أَنَا بِمُصْرِخِكُمْ وَمَا أَنتُم بِمُصْرِخِيَّ ۖ إِنِّي كَفَرْتُ بِمَا أَشْرَكْتُمُونِ مِن قَبْلُ ۗ إِنَّ الظَّالِمِينَ لَهُمْ عَذَابٌ أَلِيمٌ ﴿٢٢﴾

রাশক, তৌইগুম্বসুং ঐনা রাশকপিখি নখোইদা, অদুগী তুংদা ঐনা শোয়খি নখোইদা। অদুগা ঐগী শক্তি করিসু লৈখিদে নখোইগী নথক্তা, নত্তনা ঐনা বারতোন তৌখি নখোইবু অমসুং নখোইনা ইনজখিবনি ঐনা হায়বদা। মরমদুনা দোশ তৌবিগনু ঐবু, তৌইগুম্বসুং দোশ তৌজৌ নখোই নশামকপু। ঐনা তেংবাংবা ঙমদে নখোইবু নত্তগা নখোইনা ঙমদে তেংবাংবা ঐবু। ঐনা হান্নমা য়াখিদ্রে নখোইনা হায়জিল্লম্বদু ঐবু অল্লাহগী শরুক য়ামিন্নবনি হায়না। তশেংবমক অরানবা লম্বীনবশিংদি ফংগনি অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

وَأُدْخِلَ الَّذِينَ آمَنُوا وَعَمِلُوا الصَّالِحَاتِ جَنَّاتٍ تَجْرِي مِن تَحْتِهَا الْأَنْهَارُ خَالِدِينَ فِيهَا بِإِذْنِ رَبِّهِمْ ۖ تَحِيَّتُهُمْ فِيهَا سَلَامٌ ﴿٢٣﴾

২৪। অদুগা অচুম্বা থাজরবা অমসুং অফবা থবকশিং খোঙফম্নবা মখোইদু চঙহনবিগনি স্বর্গ লৈকোনশিংদা— মখা অদুদা চেল্লি তুরেলশিং মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগনি মখোইগী মপুগী হুকুমনা। মখোইবু তরাম-তরাম কৌবিগনি মদুগী মনুংদা "সলাম" হায়র-হায়রদুনা।

أَلَمْ تَرَ كَيْفَ ضَرَبَ اللَّهُ مَثَلًا كَلِمَةً طَيِّبَةً كَشَجَرَةٍ طَيِّبَةٍ أَصْلُهَا ثَابِتٌ وَفَرْعُهَا فِي السَّمَاءِ ﴿٢٤﴾

২৫। নং উদত্রা অল্লাহনা করম্না উৎপা মান্নবা পান্দম অফবা রাহেগী? (মসি) মাল্লি অফবা উপাম্বী অমা মদুগী মরূ (অমদি মরাশিং) চেংলি (লৈবাক মনুংদা) অমসুং মদুগী উশাশিং য়োংই লোংনলোন্ন হাত্তিয়া।

تُؤْتِي أُكُلَهَا كُلَّ حِينٍ بِإِذْنِ رَبِّهَا ۗ وَيَضْرِبُ اللَّهُ الْأَمْثَالَ لِلنَّاسِ لَعَلَّهُمْ يَتَذَكَّرُونَ ﴿٢٥﴾

২৬। মদু মহৈ পাল্লি ঋতু খুদিংমক্তা মাগী মপুগী ময়াথংনা। অদুগা অল্লাহনা উৎপি মান্নবা পান্দমশিং মীওইবশিংগীদমক অদুনা মখোইনা মপুকনিং চঙজনবা।

وَمَثَلُ كَلِمَةٍ خَبِيثَةٍ كَشَجَرَةٍ خَبِيثَةٍ اجْتُثَّتْ مِن فَوْقِ الْأَرْضِ مَا لَهَا مِن قَرَارٍ ﴿٢٦﴾

২৭। অদুগা ফত্তবা রাহেগী পান্দমদি ফত্তবা উপাম্বীগা মান্নে, মদু মরূ ফুকত্রে পৃথিবী লৈমায়থক্তগী অমসুং অচেৎপা করিসু লৈতে।

يُثَبِّتُ اللَّهُ الَّذِينَ آمَنُوا بِالْقَوْلِ الثَّابِتِ فِي الْحَيَاةِ

২৮। অল্লাহনা (মপুকনিং) চেৎশিনহল্লি অচুম্বা থাজবা মীশিংবু (মহাক্কী) শোয়দবা রাহৈনা হন্দকী

ٱلدُّنْيَا وَفِى ٱلْـَٔاخِرَةِ ۖ وَيُضِلُّ ٱللَّهُ ٱلظَّـٰلِمِينَ ۚ وَيَفْعَلُ ٱللَّهُ مَا يَشَآءُ ﴿٢٧﴾

মপোক্তা অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদসু; অমসুং অল্লাহনা লম্মুক্লহল্লি অরানবা লম্বীনবশিংবু। অদুগা অল্লাহনা তৌই মহাকনা অপাম্বতা।

৫ শুবা রুকূ

أَلَمْ تَرَ إِلَى ٱلَّذِينَ بَدَّلُوا۟ نِعْمَتَ ٱللَّهِ كُفْرًا وَأَحَلُّوا۟ قَوْمَهُمْ دَارَ ٱلْبَوَارِ ﴿٢٨﴾

২৯। নং উদব্রা অল্লাহগী থৌজালবু ওন্নখিবশিংদু তৌবিমল খঙদবগা অমসুং হোইজনখিবদু মখোইগী মীশিংবু অমাঙবগী যুমদা—

جَهَنَّمَ يَصْلَوْنَهَا ۖ وَبِئْسَ ٱلْقَرَارُ ﴿٢٩﴾

৩০। (মদু) নরকনি? (মখোই) চঙলগনি মদুগী মনুংদা; অমসুং মদু ফত্তবা পোথাফমনি।

وَجَعَلُوا۟ لِلَّهِ أَندَادًا لِّيُضِلُّوا۟ عَن سَبِيلِهِۦ ۗ قُلْ تَمَتَّعُوا۟ فَإِنَّ مَصِيرَكُمْ إِلَى ٱلنَّارِ ﴿٣٠﴾

৩১। অদুগা মখোইনা লিংখৎলম্মী মান্নবা লান্নাশিং' অল্লাহগী মায়োক্তা ফৈরেং-নহনগদৌবগী মীশিংবু মহাক্কী (অচুম্বা) লম্বীদগী। হায়য়ু (মখোইদা): "নখোই নুংঙাইখো মতম খরদং; অদুগী তুংদা নখোই শোয়দনমক চৎকদৌরি খাম্বি মৈকোন্দা।"

قُل لِّعِبَادِىَ ٱلَّذِينَ ءَامَنُوا۟ يُقِيمُوا۟ ٱلصَّلَوٰةَ وَيُنفِقُوا۟ مِمَّا رَزَقْنَـٰهُمْ سِرًّا وَعَلَانِيَةً مِّن قَبْلِ أَن يَأْتِىَ يَوْمٌ لَّا بَيْعٌ فِيهِ وَلَا خِلَـٰلٌ ﴿٣١﴾

৩২। হায়য়ু ঐগী ইনাইশিং অচুম্বা থাজবদা মদুদি: মখোই নমাজ চাং নাইনা তৌ অমসুং খরচ তৌ (দান পীবদা) ঐখোইনা পীখিবা অদুদগী মখোইদা, লোৎনা অমসুং ফোংনা, নুমিৎ অমা লাক্তরিঙে মমাংদা মদুদা লৈরোই মল-তিক্লবা নত্ত্রগা মরূপ ওইবা।

ٱللَّهُ ٱلَّذِى خَلَقَ ٱلسَّمَـٰوَٰتِ وَٱلْأَرْضَ وَأَنزَلَ مِنَ ٱلسَّمَآءِ مَآءً فَأَخْرَجَ بِهِۦ مِنَ ٱلثَّمَرَٰتِ رِزْقًا لَّكُمْ ۖ وَسَخَّرَ لَكُمُ ٱلْفُلْكَ لِتَجْرِىَ فِى ٱلْبَحْرِ بِأَمْرِهِۦ ۖ وَسَخَّرَ لَكُمُ ٱلْأَنْهَـٰرَ ﴿٣٢﴾

৩৩। অল্লাহ মহাকনি—মহাকনা শেম-শাখি আসমান অমসুং পৃথিবী অমসুং তাহল্লি নোং-ঈশিং কোরৌ নোংমদোলথক্তগী অমসুং মদুগা লোয়ননা থোকহল্লি উহৈশিং নখোইগী চিঞ্জাক্কীদমক, অমসুং মহাকনা মখা পোনহল্লি নখোইগী জাহাজশিং অদুনা মখোইবু হোন্দুনা চৎনবা সমুদ্র ঈপাক্তা মহাক্কী হুকুমনা অমসুং তুরেলশিং মখা পোনহল্লি নখোইগী।

وَسَخَّرَ لَكُمُ ٱلشَّمْسَ وَٱلْقَمَرَ دَآئِبَيْنِ ۖ وَسَخَّرَ

৩৪। অদুগা মহাকনা মখা পোনহল্লি নখোইগী নুমিৎ অমসুং থা, অনিমক চথে মখোইগী

لَكُمُ الَّيْلَ وَالنَّهَارَ ﴿٣٣﴾

খোঙচৎশিং ; অমসুং মহাকনা মখা পোনহল্লি নখোইগী অহিং অমসুং নুংথিলবু (সু)।

وَاٰتٰىكُمْ مِّنْ كُلِّ مَا سَاَلْتُمُوْهُ ۗ وَاِنْ تَعُدُّوْا نِعْمَتَ اللّٰهِ لَا تُحْصُوْهَا ۗ اِنَّ الْاِنْسَانَ لَظَلُوْمٌ كَفَّارٌ ﴿٣٤﴾

৩৫। অদুগা মহাকনা পীবি নখোইদা পোৎ পুম্নমক নখোইনা নীজবদু মঙোন্দা; অমসুং নখোইনা করিগুম্বা মশিং থিগে হায়রবদি অল্লাহগী থৌজালশিং, নখোইনা ঙমলোই মশিং থিবা মখোইবু। থাঙ্গেশেংবমক, মীদি য়াম্না চুমদবনি, তৌবিমল খঙদবনি।

৬ শুবা রুকূ

وَاِذْ قَالَ اِبْرٰهِيْمُ رَبِّ اجْعَلْ هٰذَا الْبَلَدَ اٰمِنًا وَّاجْنُبْنِيْ وَبَنِيَّ اَنْ نَّعْبُدَ الْاَصْنَامَ ﴿٣٥﴾

৩৬। অদুগা নীংশিঙঙু (পুরেন) ইব্রাহীমনা হায়খি ঃ "(কোরৌ নোংমদোল অমসুং মালেম লৈশেম নুংশেম্বা) ঐগী মপুও! শেম্বিয়ু শহর মক্কহ অসি অঙাংবা (শহর) অমা ওইনা, অমসুং ঙাকপিয়ু ঐবু অমসুং ঐগী ইচাশিংবু মূর্তিশিং ঈরাৎ পূজা তৌবদগী।

رَبِّ اِنَّهُنَّ اَضْلَلْنَ كَثِيْرًا مِّنَ النَّاسِ ۚ فَمَنْ تَبِعَنِيْ فَاِنَّهٗ مِنِّيْ ۚ وَمَنْ عَصَانِيْ فَاِنَّكَ غَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ﴿٣٦﴾

৩৭। "ঐগী মপুও! (মূর্তিশিং) মখোইনা তশেংবমক ফৈরেংনহনবিখ্রে মশিং য়াম্না মীশিংগী মরক্তগী। মরমদুনা কনাগুম্বনা ইল্লবদি ঐগী ইতুং, মহাক শোয়দনমক ওইরে ঐগী (শীংলুপ) ; অমসুং কনাগুম্বনা ঐনা হায়বা ইন্দ্রবদি— নহাক্তি থাঙ্গমকশেংনা য়োনজ-কেকেপিহৈবনি, নুংশি-হৈবনি।

رَبَّنَآ اِنِّيْٓ اَسْكَنْتُ مِنْ ذُرِّيَّتِيْ بِوَادٍ غَيْرِ ذِيْ زَرْعٍ عِنْدَ بَيْتِكَ الْمُحَرَّمِ ۙ رَبَّنَا لِيُقِيْمُوا الصَّلٰوةَ فَاجْعَلْ اَفْئِدَةً مِّنَ النَّاسِ تَهْوِيْٓ اِلَيْهِمْ وَارْزُقْهُمْ مِّنَ الثَّمَرٰتِ لَعَلَّهُمْ يَشْكُرُوْنَ ﴿٣٧﴾

৩৮। "ঐখোইগী মপুও! ঐনা য়ুম তাহনজরে ঐগী ইচাশিং খরবু লৌউবা য়াদবা তমপাক লম অমদা মনাক্তা নহাক্কী অশেংবা শঙ্গাই য়ুমজাওগী,— ঐখোইগী মপুও! অদুনা মখোইনা চাং নাইনা নমাজ তৌজনবা। মরমদুনা ওনশিনহনবিয়ু মী খরগী মপুকনিং মখোইদা অমসুং পীবিয়ু মখোইদা উহৈ-রাহৈশিং (মরাং কায়না), অদুনা মখোইনা উৎচনবা তৌবিমল খঙবা।

رَبَّنَآ اِنَّكَ تَعْلَمُ مَا نُخْفِيْ وَمَا نُعْلِنُ ۗ وَمَا يَخْفٰى

৩৯। "ঐখোইগী মপুও! নহাক্তি তশেংনমক অখঙবনি ঐখোইনা লোৎশল্লবসু অমসুং ঐখোইনা

عَلَى اللّٰهِ مِنْ شَيْءٍ فِي الْاَرْضِ وَلَا فِي السَّمَآءِ

ফোংদোকলবসু। অদুগা করিগুম্বা অরোন-অথুপ অমতা লৈতে অল্লাহদা, মালেমথক্তা নত্তগা কোরৌ নোংমদোলদা।

اَلْحَمْدُ لِلّٰهِ الَّذِيْ وَهَبَ لِيْ عَلَى الْكِبَرِ اِسْمٰعِيْلَ وَاِسْحٰقَ ؕ اِنَّ رَبِّيْ لَسَمِيْعُ الدُّعَآءِ

৪০। "থাগৎচরিবা পুম্নমকসু অল্লাহবুনি, মহাকনা পীবি ঐঙোন্দা, অহল ওইরবা মতাংদা, ইসমাঈল অমসুং ইসহাক। থাঙ্গেশেংবমক ঐগী মপুদি তাবিহৈবনি (মনাইশিংনা) হায়জ-নীজবা পুম্নমক।

رَبِّ اجْعَلْنِيْ مُقِيْمَ الصَّلٰوةِ وَمِنْ ذُرِّيَّتِيْ ۖ رَبَّنَا وَتَقَبَّلْ دُعَآءِ

৪১। "ঐগী মপুও! ওইহনবিয়ু ঐবু নমাজ চাং নাইনা তৌবা অমসুং ঐগী ইচাশিংবু (সু)। ঐখোইগী মপুও! (পীনবিয়ু নহাক্কী থৌজাল ঐঙোন্দা) । অমসুং য়াবিয়ু ঐনা হঙ্গৎচরিবসি।

رَبَّنَا اغْفِرْ لِيْ وَلِوَالِدَيَّ وَلِلْمُؤْمِنِيْنَ يَوْمَ يَقُوْمُ الْحِسَابُ

৪২। "ঐখোইগী মপুও! (ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা) কোকপিয়ু ঐবু অমসুং ঐগী অপোকপা অপোকপীবু অমসুং অচুম্বা থাজবশিংবু হিসাব লৌবিগদৌবা নুমিত্তা।"

৭ শুবা রুকূ

وَلَا تَحْسَبَنَّ اللّٰهَ غَافِلًا عَمَّا يَعْمَلُ الظّٰلِمُوْنَ ۬ؕ اِنَّمَا يُؤَخِّرُهُمْ لِيَوْمٍ تَشْخَصُ فِيْهِ الْاَبْصَارُ

৪৩। অদুগা কদৌনুংদসু খনগনু অল্লাহনা করিসু রাওইশিন্দে অরানবা লম্বীনবশিংনা তৌবা (খিবিক)। মহাকনা মতম য়ৈথোকপি মখোইদা কোরৌ নোংজা অমা (লাক্তরিবা) ফাওবা মদুদা (মখোইগী) মমিৎশিং লাউথোক্তুনা শংত্রিক শংনা য়েংগনি (করিগুম্বা পোৎ অমদা থক-থক নীক্লা কিদুনা),

مُهْطِعِيْنَ مُقْنِعِيْ رُءُوْسِهِمْ لَا يَرْتَدُّ اِلَيْهِمْ طَرْفُهُمْ ۚ وَاَفْـِٕدَتُهُمْ هَوَآءٌ

৪৪। (তথক মিপাইদুনা) তফিং-তফিং চেনগনি মকোকশিং যুংখত্তুনা, মখোইগী মুল্লবা মিৎয়েং হল্লকপা লৈরোই মখোইদা অমসুং মখোইগী থম্মোইশিং ইহাং-হাংগনি (মফম-মরাং করিমতা খঙদনা)।

وَاَنْذِرِ النَّاسَ يَوْمَ يَاْتِيْهِمُ الْعَذَابُ فَيَقُوْلُ

৪৫। অদুগা নং চেকশল্লবা হায়বিয়ু মীওইবশিংবু কোরৌ নোংজাদু মদুদা (রাশকপিখিবা) রায়েল-

চৈরাকদু লাক্কনি মখোইগী মথক্তা, অমসুং অরানবা লম্বীনবশিংনা হায়গনি ঃ "ঐখোইগী মপুও ! মতম খরদং য়েথোকপিয়ু ঐখোইদা, ঐখোই পাওখুমজগনি নহাকনা কৌবদা অমসুং তুং ইনজগনি রসুলশিংগী।" (মতমদুদা মপু মহাকনা হায়বিগনি ঃ) "করি ! নখোইনা ব্রাশকখিদব্রা মসিগী মমাংদা মদুদি নখোই ময়েং তাথরকপা করিসু লৈরোই ?

الَّذِينَ ظَلَمُوا رَبَّنَا أَخِّرْنَا إِلَىٰ أَجَلٍ قَرِيبٍ نُّجِبْ دَعْوَتَكَ وَنَتَّبِعِ الرُّسُلَ ۗ أَوَلَمْ تَكُونُوا أَقْسَمْتُم مِّن قَبْلُ مَا لَكُم مِّن زَوَالٍ ﴿٤٤﴾

৪৬। "অদুগা নখোই লৈরমখি মশাবু অরানবদা খোঙফম্নহনজখ্রবশিংগী লৈফমশিংদা, অমসুং নখোইনা শেংনা-লানা খঙখ্রে করম্না ঐখোইনা তৌবিখিবা (অরানবা লম্বীনবশিং) মখোইবু; অমসুং ঐখোইনা ওইহনবিখি (মখোইবু) পাওতাক ব্রারীশিং নখোইগীদমক।"

وَسَكَنتُمْ فِي مَسَاكِنِ الَّذِينَ ظَلَمُوا أَنفُسَهُمْ وَتَبَيَّنَ لَكُمْ كَيْفَ فَعَلْنَا بِهِمْ وَضَرَبْنَا لَكُمُ الْأَمْثَالَ ﴿٤٥﴾

৪৭। অদুগা মখোইনা তশেংনমক তৌখ্রে থৌশীন-থৌরাংশিং (নংগী মায়োক্তা), তৌইগুম্বসুং মখোইগী থৌশীন-থৌরাং পুম্নমক অল্লাহগী খুদুমদা লৈ। অদুগা মখোইগী থৌশীন-থৌরানশিংদু (অসুপকি মতিক চাওখ্রে মদুদি) চীংজাওবশিংবু লেঙহনবা ফাওবা ঙম্বা য়াই (অদুম ওইনমক, মখোই ঙমলোই মমায় পাকপা)।

وَقَدْ مَكَرُوا مَكْرَهُمْ وَعِندَ اللَّهِ مَكْرُهُمْ وَإِن كَانَ مَكْرُهُمْ لِتَزُولَ مِنْهُ الْجِبَالُ ﴿٤٦﴾

৪৮। মরমদুনা খনগনু অল্লাহনা শোয়গনি মহাক্কী ব্রাশক মহাক্কী রসুলশিংদা। তশেংবমক, অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, লমন খুম্বা ঙম্বা মপুনি (অরানবা তৌবশিংদা)।

فَلَا تَحْسَبَنَّ اللَّهَ مُخْلِفَ وَعْدِهِ رُسُلَهُ ۗ إِنَّ اللَّهَ عَزِيزٌ ذُو انتِقَامٍ ﴿٤٧﴾

৪৯। কোরৌ নোংজা অমদা পৃথিবী অসিনা (মওং) ওন্থোকখ্রবদা তোঙানবা পৃথিবী অমা ওইনা, অমসুং আসমানসু (অদুম তৌখ্রবদা), মখোই লেপকনি মায়োক্নুনা মমাংদা অল্লাহগী, (মহাক) একা মথন্তনি, খ্বাইদগী ইঙম-ঙম্বানি

يَوْمَ تُبَدَّلُ الْأَرْضُ غَيْرَ الْأَرْضِ وَالسَّمَاوَاتُ ۖ وَبَرَزُوا لِلَّهِ الْوَاحِدِ الْقَهَّارِ ﴿٤٨﴾

৫০। অদুগা নংনা উগনি মরাল লৈরবশিংদো নুমিৎ অদুদা য়োৎহিং থাংবা ;

وَتَرَى الْمُجْرِمِينَ يَوْمَئِذٍ مُّقَرَّنِينَ فِي الْأَصْفَادِ ﴿٤٩﴾

سَرَابِيلُهُم مِّن قَطِرَانٍ وَتَغْشَىٰ وُجُوهَهُمُ النَّارُ ۝٥٠

৫১। মখোইগী শেৎনা-ফিজোলশিং ওইগনি রালগী (মদু নৈ চাক্কনবনি) অমসুং মৈনা (থুনা) [illegible] মখোইগী মমায়শিং,

لِيَجْزِيَ اللَّهُ كُلَّ نَفْسٍ مَّا كَسَبَتْ ۚ إِنَّ اللَّهَ سَرِيعُ الْحِسَابِ ۝٥١

৫২। (মদু অদুম্বা তৌগনি) অদুনা অল্লাহনা [illegible] খুম্নবা থবাই খুদিংবু মানা-মানা কমায়খিবগী (মতিক ওকপা)। তশেংবমক, অল্লাহদি থুবনি হিসাব লৌবদা।

هَٰذَا بَلَاغٌ لِّلنَّاسِ وَلِيُنذَرُوا بِهِ وَلِيَعْلَمُوا أَنَّمَا هُوَ إِلَٰهٌ وَاحِدٌ وَلِيَذَّكَّرَ أُولُو الْأَلْبَابِ ۝٥٢

৫৩। মসি পাওজেল্লি মীওইবশিংগীদমক্তা অদুনা মখোই চেকশনজনবা মসিগী মতেংনা, অমসুং মখোইনা শঙজনবা (অল্লাহ) মহাক চীঙ লাই অমত্তনি, অমসুং জ্ঞান চৈরোইনবা মখোইদুনা চেকশনজনবা।

## سُوْرَةُ الْحِجْرِ مَكِّيَّةٌ

(١٥)

সূরহ ১৫ অল-হিজর

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ১০০নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। ঐ অল্লাহনি, পোং পুম্নামক উবনি (অল্লাহ তারা)। পুম্নমকসি আয়াতশিংনি (মশানা মপুংফাবা) কিতাবকী অমসুং তশেং-তশেংবা (খঙবদা থুহনবা) কুরআনগী।

الٓرٰ تِلْكَ اٰيٰتُ الْكِتٰبِ وَ قُرْاٰنٍ مُّبِيْنٍ ②

৩। অয়াম্বা মতমদা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা নীংগনি মখোই ওইজরমলবদি মুসলিম।

رُبَمَا يَوَدُّ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا لَوْ كَانُوْا مُسْلِمِيْنَ ③

৪। লৈহল্লু মখোই চা (থক্লুনা) অমসুং নুংঙাইথোক্লুনা অমসুং কান্নদবা আশাদা পুক্নিং লৈথোকহন্দুনা মখোইবু; তৌইগুম্বসুং মখোই থুনা খঙলগনি।

ذَرْهُمْ يَاْكُلُوْا وَ يَتَمَتَّعُوْا وَ يُلْهِهِمُ الْاَمَلُ فَسَوْفَ يَعْلَمُوْنَ ④

৫। অদুগা ঐখোইনা কদৌনুংদসু মাঙহনবিখিদে (খাঙুথক্লা) করিগুম্বা শহর অমতা, তৌইগুম্বসুং মাগী-মাগী খঙহনবা (অরেপ্পা) হুকুম অমা লৈ।

وَ مَاۤ اَهْلَكْنَا مِنْ قَرْيَةٍ اِلَّا وَ لَهَا كِتَابٌ مَّعْلُوْمٌ ⑤

৬। কনাগুম্বা জাতি অমতা হেন্দোকপা য়াদে মখোইগী লেপখিবা মতম নত্তুগা মখোই ঙমলোই ঙাইহক থিলহনবসু (মতমদু)।

مَا تَسْبِقُ مِنْ اُمَّةٍ اَجَلَهَا وَ مَا يَسْتَاْخِرُوْنَ ⑥

৭। অদুগা (লমফৈ-খোঙফম্নবশিং) মখোইনা হায়ঃ "হো নীংশিঙহন্নবা (কিতাব) থাবিখিবা নহাকসে তশেংবমক অঙাওবা মীনি।"

وَ قَالُوْا يٰۤاَيُّهَا الَّذِيْ نُزِّلَ عَلَيْهِ الذِّكْرُ اِنَّكَ لَمَجْنُوْنٌ ⑦

৮। করি মরমগী নংনা পুরক্তুবগে ফরিশতহশিং ঐখোইদা, নংনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।

لَوْ مَا تَاْتِيْنَا بِالْمَلٰٓئِكَةِ اِنْ كُنْتَ مِنَ الصّٰدِقِيْنَ ⑧

৯। (নং হায়য়ু মখোইদাঃ) ঐখোইনা থাবিদে ফরিশতহশিংবু অচুম্বা (রা) গী নত্তুনা, অমসুং (করিগুম্বা ঐখোইনা থারকলবদি মখোইবু)

مَا نُنَزِّلُ الْمَلٰٓئِكَةَ اِلَّا بِالْحَقِّ وَمَا كَانُوْۤا اِذًا

মতমদুদা মখোইদা মতম (লেপখিবদু) য়েথোকপিররোই।

مُنظَرِينَ ﴿٨﴾

১০। থাঙ্গৈশেংবমক ঐখোইনা থাবিখিবনি নীংশিঙহনবগী (কিতাব)দু, অমসুং ঐখোইনা শোয়দনমক ওইবিগনি মদুগী ঙাক-শেনপিবা।

إِنَّا نَحْنُ نَزَّلْنَا الذِّكْرَ وَإِنَّا لَهُ لَحَافِظُونَ ﴿٩﴾

১১। অদুগা ঐখোইনা তশেংনমক থাবিখি (রসুলশিং) নংগী মমাংদা লৈরম্বা মীরোনশিংগী কাঙলুপশিংদা।

وَلَقَدْ أَرْسَلْنَا مِن قَبْلِكَ فِي شِيَعِ الْأَوَّلِينَ ﴿١٠﴾

১২। অদুগা মখোইদা লাক্কখিবা রসুল অমতা মখোইনা নোক্কখিদবা লৈতে।

وَمَا يَأْتِيهِم مِّن رَّسُولٍ إِلَّا كَانُوا بِهِ يَسْتَهْزِئُونَ ﴿١١﴾

১৩। অসুম্না ঐখোইনা চঙহনখি (রসুলশিংবু নোক্কনীংবগী শাক্তং অদু) মথম্মোইনুংশিংদা পাপ চেনবা মীশিংগী।

كَذَٰلِكَ نَسْلُكُهُ فِي قُلُوبِ الْمُجْرِمِينَ ﴿١٢﴾

১৪। মখোইনা থাজদে (কুরআন) অদুদা, অমসুং খুদম (কয়া) মমাংঙৈদা লৈরম্বা (নিংঙাইজাও) মীরোনশিংগী তশেংনমক থোকখ্রবসু (মখোইগী মমাংদা)।

لَا يُؤْمِنُونَ بِهِ ۖ وَقَدْ خَلَتْ سُنَّةُ الْأَوَّلِينَ ﴿١٣﴾

১৫। অদুগা ঐখোইনা করিগুম্বা হাংদোকপিরমলবসু মখোইদা থোং অমা স্বর্গদা, মতমদুদা মখোই (চুমদ্রিং) কাখৎলমগনি মদুদা (মঙালদি করিসু কংদনা),

وَلَوْ فَتَحْنَا عَلَيْهِم بَابًا مِّنَ السَّمَاءِ فَظَلُّوا فِيهِ يَعْرُجُونَ ﴿١٤﴾

১৬। মখোইনা শোয়দনমক হায়রমগনিঃ "ঐখোইগী মিৎশিং থকহনবিখ্রে; অহোইনদুম ঐখোইসে মন্ত্র-যন্ত্রনা ফাবিখ্রবা মীশিংনি।"

لَقَالُوا إِنَّمَا سُكِّرَتْ أَبْصَارُنَا بَلْ نَحْنُ قَوْمٌ مَّسْحُورُونَ ﴿١٥﴾

২ শুবা রুকূ

১৭। থাঙ্গৈশেংবমক, ঐখোইনা শেমখি থরানমিচাক মপৈশিং আসমান (মকোয়) দা অমসুং লৈতেংবিখি মদু অয়েংবশিংগী দমক্তা,

وَلَقَدْ جَعَلْنَا فِي السَّمَاءِ بُرُوجًا وَزَيَّنَّاهَا لِلنَّاظِرِينَ ﴿١٦﴾

১৮। অমসুং ঐখোইনা ঙাকপিখি মদু সিরাপ তৌবিখ্রবা শৈতান্দগী,

وَحَفِظْنَاهَا مِن كُلِّ شَيْطَانٍ رَّجِيمٍ ﴿١٧﴾

إِلَّا مَنِ اسْتَرَقَ السَّمْعَ فَأَتْبَعَهُ شِهَابٌ مُّبِينٌ ﴿١٨﴾

১৯। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা লোন্না তানীংলবদি, মহাকপু তান্নে লংথরিক লংবা মৈরি অমনা (খোমগায়- গদৌবগী)।

وَالْأَرْضَ مَدَدْنَاهَا وَأَلْقَيْنَا فِيهَا رَوَاسِيَ وَأَنبَتْنَا فِيهَا مِن كُلِّ شَيْءٍ مَّوْزُونٍ ﴿١٩﴾

২০। অদুগা পৃথিবীবু ঐখোইনা শন্দোকপিখি (ফিদা থানগুম্না), অমসুং থম্বিখি মদুগী মনুংদা লেঙদবা চীংজাওশিং (অমসুং চীংশাংশিং উচুপগুম্না) অমসুং হৌহনবিখি পোং খুদিংমক মদুগী মনুংদা চাংনান্না।

وَجَعَلْنَا لَكُمْ فِيهَا مَعَايِشَ وَمَن لَّسْتُمْ لَهُ بِرَازِقِينَ ﴿٢٠﴾

২১। অদুগা ঐখোইনা শেম্বিখি নখোইগীদমক মদুগী মনুংদা হিংনবগী উপায় অমসুং মচিঞ্জাক হুন্দবশিংগী (সু)।

وَإِن مِّن شَيْءٍ إِلَّا عِندَنَا خَزَائِنُهُ وَمَا نُنَزِّلُهُ إِلَّا بِقَدَرٍ مَّعْلُومٍ ﴿٢١﴾

২২। অদুগা করিগুম্বা পোৎ অমত্রা লৈতে মদুগী পুক্কেশিং লৈতবা ঐখোইগী নাক্তা অমসুং ঐখোইনা থাবিদে মদু অনকক্লনা চাং (দা থাবা) নত্তনা।

وَأَرْسَلْنَا الرِّيَاحَ لَوَاقِحَ فَأَنزَلْنَا مِنَ السَّمَاءِ مَاءً فَأَسْقَيْنَاكُمُوهُ وَمَا أَنتُمْ لَهُ بِخَازِنِينَ ﴿٢٢﴾

২৩। অদুগা ঐখোইনা থাদোকপি নুংশিৎ নোং-পুবা, অদুগী তুংদা ঐখোইনা তাহল্লি নোং-ঈশিং কোরৌ নোংমদোলদগী.অদুগী মতমদা ঐখোইনা পী মদু নখোইদা থক্নবগী; অমসুং নখোইনা পৈশন্দুনা থম্বদি নত্তে মদু।

وَإِنَّا لَنَحْنُ نُحْيِي وَنُمِيتُ وَنَحْنُ الْوَارِثُونَ ﴿٢٣﴾

২৪। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা হিংহল্লি (জীবশিংবু)অমসুং ঐখোইনা শিহল্লি; অমসুং ঐখোইনা রারিসনি (পোৎ পুম্নমক্কী)।

وَلَقَدْ عَلِمْنَا الْمُسْتَقْدِمِينَ مِنكُمْ وَلَقَدْ عَلِمْنَا الْمُسْتَأْخِرِينَ ﴿٢٤﴾

২৫। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা খঙই নখোইগী মরক্তা মাংথাবশিং অমসুং ঐখোইনা তশেংবমক খঙই তুংদা লৈথহৌবশিং(সু)।

وَإِنَّ رَبَّكَ هُوَ يَحْشُرُهُمْ إِنَّهُ حَكِيمٌ عَلِيمٌ ﴿٢٥﴾ ع

২৬। অদুগা শোয়দনমক নংগী মপুনা খোমজিনবিগনি মখোইবু পুম্নপ্পা (কিয়ামত নুমিত্তা)। তশেংবমক মহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি, পুংখঙ-খঙবনি।

৩ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ خَلَقْنَا الْإِنسَانَ مِن صَلْصَالٍ مِّنْ حَمَإٍ

২৭। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা শেমখি তাইবঙ

مَّسْنُونٍ ﴿٢٦﴾

মীবু ক্রং-ক্রং কংবা লৈবাক্তগী, (থিংলবা) অমুবা লৈখোমদগী মীতমদুনা।

وَالْجَآنَّ خَلَقْنٰهُ مِنْ قَبْلُ مِنْ نَّارِ السَّمُوْمِ ﴿٢٧﴾

২৮। অদুগা জিনবু ঐখোইনা শেমখি (মী শেমদ্রিঙৈগী) মমাংদা খাম্বি মৈত্রেং অরাবা অশাবা নুংশিৎ চেনবদগী।

وَإِذْ قَالَ رَبُّكَ لِلْمَلٰٓئِكَةِ إِنِّيْ خَالِقٌۢ بَشَرًا مِّنْ صَلْصَالٍ مِّنْ حَمَإٍ مَّسْنُوْنٍ ﴿٢٨﴾

২৯। অদুগা (নীংশিঙভু) নংগী মপুনা হায়বিখি ফরিশতহশিংদা ঃ "ঐনা শেমগদৌরি তাইবঙ মী অমা ক্রং-ক্রং কংবা লৈবাক্তগী, (থিংলবা)অমুবা লৈখোমদগী মীতমদুনা।

فَإِذَا سَوَّيْتُهُ وَنَفَخْتُ فِيهِ مِنْ رُّوْحِيْ فَقَعُوْا لَهُ سٰجِدِيْنَ ﴿٢٩﴾

৩০। "মরমদুনা ঐনা মীতমদুনা শেমলবদা মহাকপু (মওং পুরা) অমসুং কামশিল্পবা মতমদা মঙোন্দা ঐগী থরাই (মহাকপু মপুং ফাহন্নবগী), নখোই কৎলু ব্যবহার ঈকাইখুম্নবগী মশক ওইনা মঙোন্দা।"

فَسَجَدَ الْمَلٰٓئِكَةُ كُلُّهُمْ أَجْمَعُوْنَ ﴿٣٠﴾

৩১। অদুনা ফরিশতহশিংনা কৎখি ব্যবহার, মখোই পুম্নমক পুল্লপ্না,

إِلَّآ إِبْلِيْسَ أَبٰٓى أَنْ يَّكُوْنَ مَعَ السّٰجِدِيْنَ ﴿٣١﴾

৩২। তৌইগুম্বসুং (নীংবা কায়রবা) ইবলিসনা (তৌখিদে মদু) ; মহাক য়াখিদে য়াওমিন্নবা মরক্তা চঙজখিবশিংগী।

قَالَ يٰٓإِبْلِيْسُ مَا لَكَ أَلَّا تَكُوْنَ مَعَ السّٰجِدِيْنَ ﴿٣٢﴾

৩৩। অল্লাহনা হায়বিখি ঃ "হে ইবলিস! করি মতৌনে! নংনা য়াওদবসিবু মরক্তা চঙজখিবশিংগী ?"

قَالَ لَمْ أَكُنْ لِّأَسْجُدَ لِبَشَرٍ خَلَقْتَهُ مِنْ صَلْصَالٍ مِّنْ حَمَإٍ مَّسْنُوْنٍ ﴿٣٣﴾

৩৪। মহাকনা পাওখুমখি ঃ "ঐ চঙজরোই তাইবঙ মীদা ; মহাকপু শেম্বিখিবনি নহাকনা ক্রং-ক্রং কংবা লৈবাক্তগী, (থিংলবা) অমুবা লৈখোমদগী মীতমদুনা।"

قَالَ فَاخْرُجْ مِنْهَا فَإِنَّكَ رَجِيْمٌ ﴿٣٤﴾

৩৫। অল্লাহনা হায়বিখি ঃ "অদু ওইরবদি, থোকখো (নুংঙাইবা) মফম অসিদগী, মরমদি নংবু তশেংনমক য়াবিদ্রবনি ;

وَّإِنَّ عَلَيْكَ اللَّعْنَةَ إِلٰى يَوْمِ الدِّيْنِ ﴿٣٥﴾

৩৬। "অদুগা তশেংবমক ঐগী সিরাপনি নংগী নথক্তা রায়েল বিচারগী নুমিৎ য়ৌবফাওবা।"

قَالَ رَبِّ فَأَنظِرْنِىٓ إِلَىٰ يَوْمِ يُبْعَثُونَ ﴿٣٦﴾

৩৭। মহাকনা হায়খিঃ "ঐগী মপুও! অদু ওইরবদি, মতম য়েথোকপিযু ঐঙোন্দা (মী) মখোইবু হিংগৎহনবিগদৌবা নুমিৎ ফাওবা।"

قَالَ فَإِنَّكَ مِنَ ٱلْمُنظَرِينَ ﴿٣٧﴾

৩৮। অল্লাহনা হায়বিখিঃ "নংসু য়াওরবনি মতম য়েথোকপশিংগী মরক্তা,

إِلَىٰ يَوْمِ ٱلْوَقْتِ ٱلْمَعْلُومِ ﴿٣٨﴾

৩৯। "লেপখিবা মতমগী নুমিৎ অদু য়ৌবফাওবা।"

قَالَ رَبِّ بِمَآ أَغْوَيْتَنِى لَأُزَيِّنَنَّ لَهُمْ فِى ٱلْأَرْضِ وَلَأُغْوِيَنَّهُمْ أَجْمَعِينَ ﴿٣٩﴾

৪০। মহাকনা পাওখুমখিঃ "ঐগী মপুও! নহাকনা য়া লেপ্পিথ্রবনিনা ঐবু অরানবনি হায়না, ঐনা শোয়দনমক উহনবিগনি (ফত্তববু) ফজবা ওইনা মখোইদা মালেমথক্তা, অমসুং ঐনা শোয়দনমক লম্মুক্কহনবিগনি মখোই পুম্নমকবু,

إِلَّا عِبَادَكَ مِنْهُمُ ٱلْمُخْلَصِينَ ﴿٤٠﴾

৪১। "নত্তনা, নহাক্কী অখন্নবা ননাইশিংবু মখোইগী মরক্তগী।"

قَالَ هَٰذَا صِرَٰطٌ عَلَىَّ مُسْتَقِيمٌ ﴿٤١﴾

৪২। অল্লাহনা হায়বিখিঃ "(ঐগী অখন্নবা ইনাইশিংনা চৎলিবা লম্বী) অসিনা অচুম্বা লম্বীনি (চুমদ্রিং য়ৌগদৌবা) ঐঙোন্দা।

إِنَّ عِبَادِى لَيْسَ لَكَ عَلَيْهِمْ سُلْطَٰنٌ إِلَّا مَنِ ٱتَّبَعَكَ مِنَ ٱلْغَاوِينَ ﴿٤٢﴾

৪৩। "তশেংবমক নংগী নপাঙ্গল করিসু লৈরোই ঐগী ইনাইশিংগী মথক্তা, নত্তনা অসিগুম্বা অরানবা লম্বীনবশিং নংগী নতুং ইনবা।

وَإِنَّ جَهَنَّمَ لَمَوْعِدُهُمْ أَجْمَعِينَ ﴿٤٣﴾

৪৪। অদুগা নরকসি তশেংবমক রাশকপিথ্রবা মফমনি (ফত্তরম লম্বীনবা) মখোই পুম্নমক্কী,

لَهَا سَبْعَةُ أَبْوَٰبٍ لِّكُلِّ بَابٍ مِّنْهُمْ جُزْءٌ مَّقْسُومٌ ﴿٤٤﴾

৪৫। মাগী লৈ থোংজাও তরেৎ। থোং খুদিংদা শরুক থুংবিগনি মখোই খরা খরা।

৪ শুবা রুকূ

إِنَّ ٱلْمُتَّقِينَ فِى جَنَّٰتٍ وَعُيُونٍ ﴿٤٥﴾

৪৬। তশেংবমক ধর্ম্ম কায়দবশিংদি লৈগনি স্বর্গ লৈকোনশিংদা অমসুং (লিক্লাই মহীনরবী) ঈফুৎশিংগী মরক্তা।

৪৭। (মখোইদা হায়বিগনি ঃ) "চঙঙু মখোইদুগী মনুংদা ঈংনা, খুদোংথীবা লৈতনা।"

اُدْخُلُوْهَا بِسَلٰمٍ اٰمِنِيْنَ ۝

৪৮। অদুগা ঐখোইনা লৌথোকপিগনি খোইখা-লিনখা থানা য়েংথীবা-পুম্বা মখোইগী মথম্মোইশিংদগী, (মদুগী মরম্মা মখোই) ওইগনি মচিন মনাওগুম (অমসুং ফমগনি ঈকাইখুম্নবগী) গদ্দী মথকশিংদা, অমগা অমগা মমায় ওনশন্নদুনা।

وَنَزَعْنَا مَا فِيْ صُدُوْرِهِمْ مِّنْ غِلٍّ اِخْوَانًا عَلٰى سُرُرٍ مُّتَقٰبِلِيْنَ ۝

৪৯। মদুগী মনুংদা অৱাবা শকখঙনরোই মখোইদা, নত্তগা মখোইবু (মতম-পুম্বদা) তাংথোকপিরোই মফম অদুদগী।

لَا يَمَسُّهُمْ فِيْهَا نَصَبٌ وَّمَا هُمْ مِّنْهَا بِمُخْرَجِيْنَ ۝

৫০। খঙহল্লু ঐগী ইনাইশিংদা মদুদি ঐসে তশেংবমক য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

نَبِّئْ عِبَادِيْٓ اَنِّيْٓ اَنَا الْغَفُوْرُ الرَّحِيْمُ ۝

৫১। অমসুং ঐগী ৱায়েল-চৈরাক্তি অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাকনি।

وَاَنَّ عَذَابِيْ هُوَ الْعَذَابُ الْاَلِيْمُ ۝

৫২। অদুগা লীবিয়ু মখোইদা ইব্রাহীমগী যুমথুংলবশিংগী মরমদা।

وَنَبِّئْهُمْ عَنْ ضَيْفِ اِبْرٰهِيْمَ ۝

৫৩। মখোইনা চঙখিবদা মঙোন্দা, মখোইনা হায়খি ঃ "সলাম" (অঙাংবা লৈহনবিসনু) (পাওখুমদা) মহাকনা হায়খি ঃ "ঐখোই তশেংনা কিজে নখোইবু।"

اِذْ دَخَلُوْا عَلَيْهِ فَقَالُوْا سَلٰمًا ۗ قَالَ اِنَّا مِنْكُمْ وَجِلُوْنَ ۝

৫৪। মখোইনা হায়খি ঃ করিসু কিগনু, ঐখোইনা পীজরি নংঙোন্দা হরাওবা পাও নচা নিপা জ্ঞান চৈরোইনবা অমা (পোক্কদৌরি হায়ব)গী।

قَالُوْا لَا تَوْجَلْ اِنَّا نُبَشِّرُكَ بِغُلٰمٍ عَلِيْمٍ ۝

৫৫। মহাকনা হায়খি ঃ "নখোইনা পীরিব্রা হরাওবা পাও (ইচা নিপা অমা পোক্কদবগী) ঐনা অহল ওইখ্রবদা? করি ওইগদৌরিবা নখোইনা পীরিবসিবু ঐঙোন্দা অসুক নুংঙাইবা পাও?

قَالَ اَبَشَّرْتُمُوْنِيْ عَلٰٓى اَنْ مَّسَّنِيَ الْكِبَرُ فَبِمَ تُبَشِّرُوْنَ ۝

৫৬। মখোইনা পাওখুমখি ঃ ঐখোইনা পীজরি নংঙোন্দা হরাওবা পাও অচূম্বা ওইনা; মরমদুনা নং ওইবিগনু (অমা) আশা লৈতবশিংগী।"

قَالُوا بَشَّرْنٰكَ بِالْحَقِّ فَلَا تَكُنْ مِّنَ الْقٰنِطِيْنَ ۝٥٥

৫৭। মহাকনা হায়খি ঃ "কনানা আশা থাদোক্কদোরি মহাক্কী মপুগী নত্তনা লম্মুক্কবা মখোইদু?"

قَالَ وَمَنْ يَّقْنَطُ مِنْ رَّحْمَةِ رَبِّهٖٓ اِلَّا الضَّآلُّوْنَ ۝٥٦

৫৮। মহাকনা (মখা শমথদুনা) হায়খি ঃ "নখোইগী থবকপু করি ওইরবনো, হে পাখোক্লোয়শিং?"

قَالَ فَمَا خَطْبُكُمْ اَيُّهَا الْمُرْسَلُوْنَ ۝٥٧

৫৯। মখোইনা পাওখুমখি ঃ "তশেংবমক ঐখোইবু থাবিরকখি মরাল লৈরবা মী কাঙলুপ অমদা,

قَالُوْٓا اِنَّآ اُرْسِلْنَآ اِلٰى قَوْمٍ مُّجْرِمِيْنَ ۝٥٨

৬০। নত্তনা লূতকী মতুং ইনবশিং। ঐখোইনা কনবিগনি মখোই পুম্নমক (খুদোংথীবদগী),

اِلَّآ اٰلَ لُوْطٍ ۭ اِنَّا لَمُنَجُّوْهُمْ اَجْمَعِيْنَ ۝٥٩

৬১। মহাক্কী মলিকহ নত্তনা। ঐখোইনা (চপচানা) লেপ্পিখ্রে মদুদি মহাক শোয়দনমক য়াওখ্রগনি মরক্তা তুংদা লৈথহৌবশিংগী।

اِلَّا امْرَاَتَهٗ قَدَّرْنَآ ۙ اِنَّهَا لَمِنَ الْغٰبِرِيْنَ ۝٦٠

৫ শুবা রুকূ

৬২। মরমদুনা পাও তাকপশিংনা লাকখিবা মতমদা লূতকী মতুং ইনবশিংদা.

فَلَمَّا جَآءَ اٰلَ لُوْطِ ِۨ الْمُرْسَلُوْنَ ۝٦١

৬৩। মহাকনা হায়খি ঃ "তশেংবমক, নখোই শকখঙদবা খুৎপুনি।"

قَالَ اِنَّكُمْ قَوْمٌ مُّنْكَرُوْنَ ۝٦٢

৬৪। মখোইনা হায়খি ঃ "(করি খঙদনি?) নত্তে, ঐখোই পুরকলি নংঙোন্দা (রায়েল-চৈরাক) মখোইগী চিংনবা শরুক্লখিবগী মরমদা।

قَالُوْا بَلْ جِئْنٰكَ بِمَا كَانُوْا فِيْهِ يَمْتَرُوْنَ ۝٦٣

৬৫। "অমসুং ঐখোই পুরকলি নংঙোন্দা শোয়দবা (য়াথং), অমসুং ঐখোই তশেংনা অচুম্বা ঙাঙবনি।"

وَاَتَيْنٰكَ بِالْحَقِّ وَاِنَّا لَصٰدِقُوْنَ ۝٦٤

৬৬। "মরম অদুনা চৎখ্রো নংগী নতুং ইনবশিংগা লোয়ননা অহিংগী অকোনবা মতাংদা, অমসুং নং

فَاَسْرِ بِاَهْلِكَ بِقِطْعٍ مِّنَ الَّيْلِ وَاتَّبِعْ اَدْبَارَهُمْ وَلَا يَلْتَفِتْ

ইল্লু মখোইগী মতুংদা ; অমসুং নখোই কনামতা হন্দুনা য়েংগনু (তুংদা লৈহৌবশিংগী রাখল তৌদুনা), অমসুং (প্রপ প্রপ) চৎলু নখোইবু য়াথংনবিখিবা মফমদা।"

مِنكُمْ أَحَدٌ وَامْضُوا حَيْثُ تُؤْمَرُونَ ٦٥

৬৭। অদুগা ঐখোইনা খঙহনবিখি মঙোন্দা য়াথং অসি মদুদি (অরানবা লম্বীনবশিং) মখোইসি মরু ফংনা ককথৎপিগদৌরি অয়ুক্তা।

وَقَضَيْنَا إِلَيْهِ ذَٰلِكَ الْأَمْرَ أَنَّ دَابِرَ هَٰؤُلَاءِ مَقْطُوعٌ مُّصْبِحِينَ ٦٦

৬৮। অদুগা শহর অদুদা লৈরম্বা মীশিংনা লাকখি (মঙোন্দা) হরাওদুনা খুদোংচাবা তাঞ্জা ফংলদুনা ।

وَجَاءَ أَهْلُ الْمَدِينَةِ يَسْتَبْشِرُونَ ٦٧

৬৯। মহাকনা হায়খিঃ ."মখোইসি ঐগী য়ুমথুংলবশিংনি, মরমদুনা ঐবু ঈকাই ফিরুক খুমহনবিগনু,

قَالَ إِنَّ هَٰؤُلَاءِ ضَيْفِي فَلَا تَفْضَحُونِ ٦٨

৭০। "অমসুং নখোই কিয়ু অল্লাহবু, অমসুং চোপহনবিগনু ঐবু।"

وَاتَّقُوا اللَّهَ وَلَا تُخْزُونِ ٦٩

৭১। মখোইনা হায়খিঃ "(করিনোনে লূত!) ঐখোইনা থিংখিদব্রা নংবু মীথুং মীরাক তৌহনগনু হায়না ?"

قَالُوا أَوَلَمْ نَنْهَكَ عَنِ الْعَالَمِينَ ٧٠

৭২। মহাকনা হায়খিঃ "মখোইসি ঐগী ইচা নুপীশিংনি (লৌবিয়ু মখোইবু জামিন ওইনা) নখোইনা করিগুম্বা (ফত্তবা) অমা তৌগে হায়রবদি (মীরানশিংসিদা)।"

قَالَ هَٰؤُلَاءِ بَنَاتِي إِن كُنتُمْ فَاعِلِينَ ٧١

৭৩। (হে নবী!) নংগী থৱাইগী কসম! তশেংবমক মখোইদু কঙাওনরদুনা কোয়চৎ-চৎলম্মী।

لَعَمْرُكَ إِنَّهُمْ لَفِي سَكْرَتِهِمْ يَعْمَهُونَ ٧٢

৭৪। মতাং অদুদা দগুি অমনা লাঙ্গোয় চনখি মখোইবু নুমিৎ থোরকপদা।

فَأَخَذَتْهُمُ الصَّيْحَةُ مُشْرِقِينَ ٧٣

৭৫। অদুগী মতমদা ঐখোইনা থক-খা ওথোকপিখি (মখোইগী লম) অদু অমসুং হৈথবিখি মখোইগী মথক্তা নুং মতুমশিং নুংশাদা কনশল্লবা।

فَجَعَلْنَا عَالِيَهَا سَافِلَهَا وَأَمْطَرْنَا عَلَيْهِمْ حِجَارَةً مِّن سِجِّيلٍ ٧٤

৭৬। তশেংনমক মসিদা লৈরে খুদমশিং পারা লৌবা ঙম্বা মীওইশিংগী। إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَاتٍ لِّلْمُتَوَسِّمِينَ ۝٧٥

৭৭। অদুগা (শহর) অদু লৈঐ হৌজিক হৌজিক্তা লৈরিবা লম্বী অচৌবা অমগী মনাক্তা। وَإِنَّهَا لَبِسَبِيلٍ مُّقِيمٍ ۝٧٦

৭৮। তশেংনমক মসিদা লৈরে খুদম অমা অচুম্বা থাজবশিংগীদমক। إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَةً لِّلْمُؤْمِنِينَ ۝٧٧

৭৯। অদুগা উমংগী মীশিং (সু) অরানবা লম্বীনখি। وَإِن كَانَ أَصْحَابُ الْأَيْكَةِ لَظَالِمِينَ ۝٧٨

৮০। মরমদুনা ঐখোইনা লমল খুম্বিখি মখোইবু (সু)। অদুগা (শহর) অনিসে (-সোদোম অমসুং ঐকহ) লৈ তশেংনা উবা লম্বী মনাক্তা। فَانتَقَمْنَا مِنْهُمْ وَإِنَّهُمَا لَبِإِمَامٍ مُّبِينٍ ۝٧٩

### ৬ শুবা রুকূ

৮১। অদুগা তশেংবমক হিজরদা লৈরম্বা মীশিংনা তৌবিখি রসুলশিংবু মীনম শোরিবনি হায়না। وَلَقَدْ كَذَّبَ أَصْحَابُ الْحِجْرِ الْمُرْسَلِينَ ۝٨٠

৮২। অদুগা ঐখোইনা পীখি মখোইবু ঐখোইগী পাওজেনশিং, তৌইগুম্বসুং মখোইনা মমায় ওন্থোকখি মখোইদগী। وَآتَيْنَاهُمْ آيَاتِنَا فَكَانُوا عَنْهَا مُعْرِضِينَ ۝٨١

৮৩। অদুগা মখোইনা চীংশিং কক্তুনা শাখি য়ুমশিং, খুদোংথীবা লৈতনা। وَكَانُوا يَنْحِتُونَ مِنَ الْجِبَالِ بُيُوتًا آمِنِينَ ۝٨٢

৮৪। তৌইগুম্বসুং দশু অমনা লাঙ্গোয় চনখি মখোইবু অয়ুক (কী মতম) দা, فَأَخَذَتْهُمُ الصَّيْحَةُ مُصْبِحِينَ ۝٨٣

৮৫। মতমদুদা মখোইনা কমায় তৌখিবা পুম্নমকনা পীখিদে কান্নবা করিমতা মখোইবু। فَمَا أَغْنَىٰ عَنْهُم مَّا كَانُوا يَكْسِبُونَ ۝٨٤

৮৬। অদুগা ঐখোইনা শেমখিদে আসমান অমসুং পৃথিবী, অমসুং অনিগী মরক্তা লৈবা পুম্নমকবু অচুম্বগীদমক নত্তনা। অদুগা পুংফমদু (মখোইবু ৱাহন-নংহনবগী অমসুং মায়থীবা পীবগী) শোয়দনমক লাক্কনি (ইখণ্ড-খণ্ডহৌদনা)। وَمَا خَلَقْنَا السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضَ وَمَا بَيْنَهُمَا إِلَّا بِالْحَقِّ

মরমদুনা নং অথাং কল্লু ফজনা খাংকনবগা লোয়ননা।

وَإِنَّ السَّاعَةَ لَآتِيَةٌ ۖ فَاصْفَحِ الصَّفْحَ الْجَمِيلَ ﴿٨٥﴾

৮৭। থাঙ্গৈশেংবমক নংগী মপুদি লৈশেম নুংশেম্বনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

إِنَّ رَبَّكَ هُوَ الْخَلَّاقُ الْعَلِيمُ ﴿٨٦﴾

৮৮। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা পীখি নংঙোন্দা তোয়না থীবা পোৎ তরেৎ অমসুং অথোইবা কুরআন।

وَلَقَدْ آتَيْنَاكَ سَبْعًا مِّنَ الْمَثَانِي وَالْقُرْآنَ الْعَظِيمَ ﴿٨٧﴾

৮৯। শংদোক্কুনা য়েংগনু নমিৎশিং ঐখোইনা পীখিবা অদুদা মখোই কনাগুম্বা কাঙলুপ খরদা নুংঙাইজনবা (মতম খজিক্কুংগী) অমসুং রাশিনগনু মখোইগীদমক, অমসুং নেমথবিয়ু নংগী নপাম্বোম অচুম্বা থাজবশিংদা (নংগী থম্মোইগী) নুংশিহৈবা উৎপিদুনা,।

لَا تَمُدَّنَّ عَيْنَيْكَ إِلَىٰ مَا مَتَّعْنَا بِهِ أَزْوَاجًا مِّنْهُمْ وَلَا تَحْزَنْ عَلَيْهِمْ وَاخْفِضْ جَنَاحَكَ لِلْمُؤْمِنِينَ ﴿٨٨﴾

৯০। অদুগা হায়য়ু ঃ "তশেংনমক ঐসে ইচম-চম্বা চেকশিন-রা হায়বা মীনি।"

وَقُلْ إِنِّي أَنَا النَّذِيرُ الْمُبِينُ ﴿٨٩﴾

৯১। মরমদি ঐখোইনা থাবিগনি (রায়েল-চৈরাক) অদুগুম্বা মীওইশিংগী মথক্তা মখোইনা কাঙবু কাঙবু খায়দোক্লখিবা (ফত্তবা তৌগদবগী নংগী অমসুং নতুং ইনবশিংগী মায়োক্তা),

كَمَا أَنزَلْنَا عَلَى الْمُقْتَسِمِينَ ﴿٩٠﴾

৯২। মখোইনা লাউথোকখি কুরআনসিদা খোমজনখ্রে মীনম্বা ময়াম।

الَّذِينَ جَعَلُوا الْقُرْآنَ عِضِينَ ﴿٩١﴾

৯৩। মরমদুনা নংগী মপুগী কসম, ঐখোইনা শোয়দনমক রা হংবিগনি মখোই পুম্নমকবু,

فَوَرَبِّكَ لَنَسْأَلَنَّهُمْ أَجْمَعِينَ ﴿٩٢﴾

৯৪। মখোইনা ইতৎ-তত্তনা তৌখিবা থবকশিংগী মরমদা।

عَمَّا كَانُوا يَعْمَلُونَ ﴿٩٣﴾

৯৫। মরমদুনা লাউথোকও (মখোইদা) তফোং-তফোংনা নংঙোন্দা হুকুম তৌখিবদু অমসুং ওথোক্কুনা লৈয়ু মশরুক য়ামিন্নবশিং লৈ হায়জিনবা মখোইদুদগী।

فَاصْدَعْ بِمَا تُؤْمَرُ وَأَعْرِضْ عَنِ الْمُشْرِكِينَ ﴿٩٤﴾

إِنَّا كَفَيْنَٰكَ ٱلْمُسْتَهْزِءِينَ ﴿٩٥﴾

৯৬। তশেংবমক ঐখোইনা ওকলে নংগীদি (সংসারপুম্বনা) নোক্নজাওবশিং (ওইখ্রবসু নং)গী মায়োকদা.

ٱلَّذِينَ يَجْعَلُونَ مَعَ ٱللَّهِ إِلَٰهًا ءَاخَرَ ۚ فَسَوْفَ يَعْلَمُونَ ﴿٩٦﴾

৯৭। (নোক্নজাওবশিং) মখোইনা লিংখৎলি খোয়ম লাই অমা অল্লাহগী মমান্নবা ওইনা, মরমদুনা থুনমক মখোই খঙলগনি।

وَلَقَدْ نَعْلَمُ أَنَّكَ يَضِيقُ صَدْرُكَ بِمَا يَقُولُونَ ﴿٩٧﴾

৯৮। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা খঙই নংগী নথবাক ফুনগৎলকই মখোইনা ৱা ঙাঙ-শকপা (তাবদা)।

فَسَبِّحْ بِحَمْدِ رَبِّكَ وَكُن مِّنَ ٱلسَّٰجِدِينَ ﴿٩٨﴾

৯৯। মরমদুনা (পোত্থাবা ফংনবগী) শৈশক শকও নংগী মপুগী মতিক মঙাল থাগৎপগী অমসুং ওইয়ু (অমা) সজদহ তৌবা মখোইদুগী (মহাকপু),

وَٱعْبُدْ رَبَّكَ حَتَّىٰ يَأْتِيَكَ ٱلْيَقِينُ ﴿٩٩﴾

১০০। অমসুং খুরুম খাজংঙু নংগী মপুবু শিবা লাক্তরিবা ফাওবা নংঙোন্দা।

سُورَةُ النَّحْلِ مَكِّيَّةٌ



অল-নহল সূরহ ১৬

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ১২৯নি)

১ নবা রুকূ

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

اَتٰۤى اَمْرُ اللّٰهِ فَلَا تَسْتَعْجِلُوْهُ ؕ سُبْحٰنَهٗ وَتَعٰلٰى عَمَّا يُشْرِكُوْنَ ②

২। অল্লাহগী হুকুমদু নকশল্লকলে, মরমদুনা নখোই হায়জগনু থুনা লাকহন্নবগী মদু। মহাক্তি অশেংবনি অমসুং থাক ৱাংনা লৈখ্রবনি মখোইনা মশরুক য়ামিন্নবশিং লৈ হায়জিনবা অদুদগী (মঙোন্দা)।

يُنَزِّلُ الْمَلٰٓئِكَةَ بِالرُّوْحِ مِنْ اَمْرِهٖ عَلٰى مَنْ يَّشَآءُ مِنْ عِبَادِهٖۤ اَنْ اَنْذِرُوْۤا اَنَّهٗ لَاۤ اِلٰهَ اِلَّاۤ اَنَا فَاتَّقُوْنِ ③

৩। মহাকনা থাই ফরিশতহশিংবু ৱাপাওগা লোয়ননা মহাক্কী ময়াথংনা মহাক্কী অচানবা কনাগুম্বদা মহাক্কী মনাইশিংগী মরক্তগী (অসি হায়দুনা), "চেকশন্নবা হায়বিয়ু (মীশিংদা) মদুদি চীঙু লাই কনামত্তা লৈতে ঐ নত্তুনা, মরমদুনা লৌ ঐ(ত)বু নখোইগী ঙাক-শেননিবা ওইনা।

خَلَقَ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضَ بِالْحَقِّ ؕ تَعٰلٰى عَمَّا يُشْرِكُوْنَ ④

৪। মহাকনা শেমখি আসমান অমসুং পৃথিবীবু অচুম্বগা লোয়ননা। মহাক্তি থাক ৱাংনা লৈখ্রবনি মখোইনা মশরুক য়ামিন্নবশিং লৈ হায়জিনবা পুম্নমক্তগী (মঙোন্দা)।

خَلَقَ الْاِنْسَانَ مِنْ نُّطْفَةٍ فَاِذَا هُوَ خَصِيْمٌ مُّبِيْنٌ ⑤

৫। মহাকনা শেমখি মীবু (অঙাং শানবা) মহীক অমদগী, তৌইগুম্বসুং য়েংউ! মহাক ওইরে অফোংবা ৱায়েৎপা (শক্তি পুম্নমক লৈবা অল্লাহদা)।

وَالْاَنْعَامَ خَلَقَهَا ۚ لَكُمْ فِيْهَا دِفْءٌ وَّمَنَافِعُ وَمِنْهَا تَاْكُلُوْنَ ⑥

৬। অদুগা মখোঙ মরি পানবা শাশিংবুসু মহাকনা শেমখি: (মী) নখোইনা ফংই মখোইদা গরম ফি-রোন অমসুং অতৈ কান্নবশিং: অমসুং মখোই খর (গী শদোং) নখোইনা চাই।

وَلَكُمْ فِيهَا جَمَالٌ حِينَ تُرِيحُونَ وَحِينَ تَسْرَحُونَ ۝

৭। অদুগা নখোইগী লেম্বা অমসুং ফজবা ওইনিঙঙাইনি নখোইনা পুরকপদা মখোইবু য়াচংবদা (যণজাবুংদগী শঙ্গু ওইনা নয়ুমদা) অমসুং হোইদোরকপদা (মখোইবু) অয়ুক্তা শজিক পিজনবগী।

وَتَحْمِلُ أَثْقَالَكُمْ إِلَىٰ بَلَدٍ لَّمْ تَكُونُوا بَالِغِيهِ إِلَّا بِشِقِّ الْأَنفُسِ ۚ إِنَّ رَبَّكُمْ لَرَءُوفٌ رَّحِيمٌ ۝

৮। অদুগা মখোইনা পুই নখোইগী পোৎলুমশিং (অরাপ-অরাপ্পা) লমদা মদু নখোইনা (খোঙনা) চৎপদা য়ৌবা ঙমদে য়াম্না অরাবা নংদ্রবদি নশামক্তদা। তশেংবমক, নখোইগী মপুদি মীনুংশি চাওবনি, নুংশি হৈবনি।

وَالْخَيْلَ وَالْبِغَالَ وَالْحَمِيرَ لِتَرْكَبُوهَا وَزِينَةً ۚ وَيَخْلُقُ مَا لَا تَعْلَمُونَ ۝

৯। অদুগা (মহাকনা শেমখি) শগোলশিং অমসুং খচরশিং অমসুং গাধাশিং নখোইনা তোংনবা মখোইবু, অমসুং মদু ফজবনি (অমসুং লৈতেংনি নখোইগী)। অদুগা মহাকনা শেম-শাবিগনি নখোইনা (হৌজিক ফাওবা) খঙলমদবা (মী নত্তগা মাল পুনবগী)।

وَعَلَى اللَّهِ قَصْدُ السَّبِيلِ وَمِنْهَا جَائِرٌ ۚ وَلَوْ شَاءَ لَهَدَاكُمْ أَجْمَعِينَ ۝

১০। অদুগা অল্লাহগী হকনি উহনবা (মীশিংদা) অচুম্বা লম্বী, অমসুং লম্বী শেরান্নবা খরা লৈ। অদুগা মহাকনা করিগুম্বা তৌনীংলমলবদি, মহাকনা লমজিংবিরমগনি নখোইবু।

২ শুবা রুকূ

هُوَ الَّذِي أَنزَلَ مِنَ السَّمَاءِ مَاءً ۖ لَّكُم مِّنْهُ شَرَابٌ وَمِنْهُ شَجَرٌ فِيهِ تُسِيمُونَ ۝

১১। মহাকননি তাহল্লিবা নোং-ঈশিং কোরৌ নোংমদোলথক্তগী নখোইগীদমক্তা, মদু নখোইনা থকই, অমসুং মদুনা হৌহল্লি উপাম্বীশিং মদু নখোইনা পিজে (নখোইগী য়ুমশাশিং)।

يُنبِتُ لَكُم بِهِ الزَّرْعَ وَالزَّيْتُونَ وَالنَّخِيلَ وَالْأَعْنَابَ وَمِن كُلِّ الثَّمَرَاتِ ۗ إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَةً لِّقَوْمٍ يَتَفَكَّرُونَ ۝

১২। (নোং-ঈশিং) অদুগা লোয়ননা মহাকনা হৌহল্লি নখোইগীদমক মহে-মরোংশিং অমসুং চোরফোন অমসুং খজুর অমসুং অঙ্গুর অমসুং উহৈ মখল পুম্নমক। তশেংবমক, মসিদা লৈরে খুদম অমা ধ্যান তৌবা মীশিংগীদমক।

وَسَخَّرَ لَكُمُ اللَّيْلَ وَالنَّهَارَ وَالشَّمْسَ وَالْقَمَرَ ۖ

১৩। অদুগা মহাকনা থবক তৌহল্লি নখোইগীদমক অহিং অমসুং নুংথিলবু, অমসুং

নুমিৎ অমসুং থাবু, অমসুং থরানমিচাকশিংবু (সু) থবক তৌহল্লি মহাক্কী হুকুমনা। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদমশিং জ্ঞান লৈবা মীশিংগীদমক।

وَالنُّجُومُ مُسَخَّرَٰتٌۢ بِأَمْرِهِۦٓ ۗ إِنَّ فِى ذَٰلِكَ لَءَايَٰتٍ لِّقَوْمٍ يَعْقِلُونَ ﴿١٢﴾

১৪। অদুগা মহাকনা শেমখিবা-পুম্বা নখোইগীদমক পৃথিবীদা তোঙান-তোঙানবা মচুনি। তশেংবমক, মসিদা লৈরে খুদম অমা রাখল খনবা মীশিংগীদমক।

وَمَا ذَرَأَ لَكُمْ فِى ٱلْأَرْضِ مُخْتَلِفًا أَلْوَٰنُهُۥٓ ۗ إِنَّ فِى ذَٰلِكَ لَءَايَةً لِّقَوْمٍ يَذَّكَّرُونَ ﴿١٣﴾

১৫। অদুগা মহাকননি মখা পোনহনবিখিবা (নখোইদা) সমুদ্রবু অদুনা নখোইনা চাই মদুদগী (ঙা) অতেকপগী শদোং অমসুং লৌখৎলি মদুদগী (মণি, মুক্তা মদুনা নখোইনা শেম-শাই) লৈতেংশিং মদু নখোইনা (পাম্না) শেংলি। অদুগা নখোইনা উই জাহাজশিং হোন্দুনা চৎপা মদুদা অমসুং নখোইনা থি (লন-থুম) অল্লাহগী থৌজাল দা), অমসুং নখোইনা তৌবিমল খঙবা উৎচনবা।

وَهُوَ ٱلَّذِى سَخَّرَ ٱلْبَحْرَ لِتَأْكُلُوا۟ مِنْهُ لَحْمًا طَرِيًّا وَتَسْتَخْرِجُوا۟ مِنْهُ حِلْيَةً تَلْبَسُونَهَا ۖ وَتَرَى ٱلْفُلْكَ مَوَاخِرَ فِيهِ وَلِتَبْتَغُوا۟ مِن فَضْلِهِۦ وَلَعَلَّكُمْ تَشْكُرُونَ ﴿١٤﴾

১৬। অদুগা মহাকনা থম্বিখি পৃথিবীদা (লেঙদবা) চীংজাওশিং অদুনা মসি থক-থক লোমদনবা লোয়ননা নখোইগা. অমসুং তুরেলশিং অমসুং লম্বীশিং অদুনা নখোইনা চৎনবা অচুম্বা লম্বী (মফম অমদগী অতোপ্পা মফম ফাওবা)।

وَأَلْقَىٰ فِى ٱلْأَرْضِ رَوَٰسِىَ أَن تَمِيدَ بِكُمْ وَأَنْهَٰرًا وَسُبُلًا لَّعَلَّكُمْ تَهْتَدُونَ ﴿١٥﴾

১৭। অদুগা (লম্বীশিংদা) লমগী ঙমখৈ খঙনবা খুদমশিং (সু শেম্বি); (মখোইদা) অমসুং থরানমিচাকশিংনা (য়েংলগা) মীনা ফংই লমজিং (অচুম্বা লম্বী চৎনবগী)।

وَعَلَٰمَٰتٍ ۚ وَبِٱلنَّجْمِ هُمْ يَهْتَدُونَ ﴿١٦﴾

১৮। (সংসারগী পোৎ পুম্নমক) লৈশেম-নুংশেম্বা মহাক্কা মান্নবা করি অমতা শেমদবা (খোয়ম লাই) অমগা ? নখোইবু রাখল ইতৌ-তৌদব্রা ?

أَفَمَن يَخْلُقُ كَمَن لَّا يَخْلُقُ ۗ أَفَلَا تَذَكَّرُونَ ﴿١٧﴾

১৯। অদুগা নখোইনা করিগুম্বা মশিং থিগে হায়রবদি অল্লাহগী থৌজালশিং. নখোইনা ঙমলোই মশিং থিবা। থাজশেংবমক. অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি নুংশিহৈবনি।

وَإِن تَعُدُّوا۟ نِعْمَةَ ٱللَّهِ لَا تُحْصُوهَآ ۗ إِنَّ ٱللَّهَ لَغَفُورٌ رَّحِيمٌ ﴿١٨﴾

২০। অদুগা অল্লাহনা খঙই নখোইনা লোৎশিল্লবসু (নথম্মোইনুংদা) অমসুং ফোংদোকলবসু (নচীন্দা)।

وَاللّٰهُ يَعْلَمُ مَا تُسِرُّوْنَ وَمَا تُعْلِنُوْنَ ﴿١٩﴾

২১। অদুগা অল্লাহ নত্তবা (খোয়ম লাইশিং) নখোইনা কৌজরিবা অদুনা শেম-শাদে করিমতা, তৌইগুম্বসুং মখোই মশামকপু শেম্বিখিবনি।

وَالَّذِيْنَ يَدْعُوْنَ مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ لَا يَخْلُقُوْنَ شَيْـًٔا وَّهُمْ يُخْلَقُوْنَ ﴿٢٠﴾

২২। (মখোই) শিখ্রে, হিংদ্রে ; অমসুং মখোই খঙদে করম্বা মতমদা মখোই হিংগৎলক্কদবা।

اَمْوَاتٌ غَيْرُ اَحْيَآءٍ ۚ وَمَا يَشْعُرُوْنَ ۙ اَيَّانَ يُبْعَثُوْنَ ﴿٢١﴾

৩ শুবা রুকূ

২৩। (হে মীওইবশিং!) নখোইগী খুদাদি নাইতোম অমতনি। মরমদুনা শিরবা মতুংগী পুন্সিদা থাজদবশিং মখোইগী মথম্মোইশিংনা য়ানীংদে (অচুম্বা) অমসুং মখোই নাপল লুথোংনৈ।

اِلٰـهُكُمْ اِلٰهٌ وَّاحِدٌ ۚ فَالَّذِيْنَ لَا يُؤْمِنُوْنَ بِالْاٰخِرَةِ قُلُوْبُهُمْ مُّنْكِرَةٌ وَّهُمْ مُّسْتَكْبِرُوْنَ ﴿٢٢﴾

২৪। করিসু চিংনবা লৈতনা, অল্লাহনা খঙই মখোইনা লোৎশিল্লবসু অমসুং ফোংদোকলবসু। তশেংবমক মহাকনা (কদৌনুংদসু) নুংশিবিদে অখোই-নাপল তৌবশিংবু।

لَا جَرَمَ اَنَّ اللّٰهَ يَعْلَمُ مَا يُسِرُّوْنَ وَمَا يُعْلِنُوْنَ ۗ اِنَّهٗ لَا يُحِبُّ الْمُسْتَكْبِرِيْنَ ﴿٢٣﴾

২৫। অদুগা ( পল-মিত্তাংনবশিং) মখোইদা অসি হায়বদা ঃ "করি ওইগনি হায়বগে নখোইগী মপুনা থাবিরকখিবদু ? মখোইনা পাওখুমই ঃ মরী শীংবুম্নি মমাংঙৈদা লৈরম্বা (মী) শিংগী!"

وَاِذَا قِيْلَ لَهُمْ مَّاذَآ اَنْزَلَ رَبُّكُمْ ۙ قَالُوْٓا اَسَاطِيْرُ الْاَوَّلِيْنَ ﴿٢٤﴾

২৬। (অসুম্না মখোইনা অরানবা লম্বীনৈ) অদুনা মখোইনা পুগনি মখোইগী (পাপকী) নম্বোশিং পুরা কিয়ামত নুমিত্তা, অমসুং শরুক খরসু (অতোপ্পা) নম্বোশিংগী অদুগুম্বা মীশিংদুগী মখোইদু মখোইনা লম্মুক্লহল্লি জ্ঞান করিসু লৈতনা। য়েংউ! ফত্তবনি মখোইনা পুরিবা (নম্বো) অদু।

لِيَحْمِلُوْٓا اَوْزَارَهُمْ كَامِلَةً يَّوْمَ الْقِيٰمَةِ ۙ وَمِنْ اَوْزَارِ الَّذِيْنَ يُضِلُّوْنَهُمْ بِغَيْرِ عِلْمٍ ؕ اَلَا سَآءَ مَا يَزِرُوْنَ ﴿٢٥﴾

৪ শুবা রুকূ

২৭। থাঙ্জৈশেংবমক মখোইগী মমাংদা লৈরম্বশিংনসু তৌখি থৌশীন-থৌরাং (নবীশিংগী

قَدْ مَكَرَ الَّذِيْنَ مِنْ قَبْلِهِمْ فَاَتَى اللّٰهُ بُنْيَانَهُمْ مِّنَ

الْقَوَاعِدِ فَخَرَّ عَلَيْهِمُ السَّقْفُ مِنْ فَوْقِهِمْ وَأَتٰىهُمُ الْعَذَابُ مِنْ حَيْثُ لَا يَشْعُرُونَ ﴿٢٦﴾

মথক্তা) তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা থুদেকপিখি মখোইগী ময়ুম-মকৈশিং যুমফম য়াওনা, অদুনা যুমথক তাখি মখোইগী কোকথক্তা, অমসুং লাকখি মখোইদা রায়েল-চৈরাক মখোইনা খঙদনা মফমদগী।

ثُمَّ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ يُخْزِيهِمْ وَيَقُولُ أَيْنَ شُرَكَاءِيَ الَّذِينَ كُنْتُمْ تُشَاقُّونَ فِيهِمْ ۚ قَالَ الَّذِينَ أُوتُوا الْعِلْمَ إِنَّ الْخِزْيَ الْيَوْمَ وَالسُّوءَ عَلَى الْكٰفِرِينَ ﴿٢٧﴾

২৮। মসিগী মতুংদা কিয়ামত নুমিত্তা মহাকনা চোপহনবিগনি মখোইবু অমসুং হায়বিগনিঃ "(হৌজিক) কদায়দা চৎখ্রবগে ঐগা শরুক য়ামিন্নবশিং মখোইগী মরমগীদমক নখোইনা নশিঞ্জাং ওইনা মায়োক্নখিবদু (ঐগী নবীশিংবু)?" জ্ঞান পীবিখিবা মীওইশিংদুনা হায়গনিঃ "তশেংবমক,ঙসি কোরৌ নোংজাদা অচোম্পা অমসুং ফত্তবা থোমজিনগনি লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী মথক্তা."

الَّذِينَ تَتَوَفّٰىهُمُ الْمَلٰٓئِكَةُ ظَالِمِي أَنْفُسِهِمْ ۖ فَأَلْقَوُا السَّلَمَ مَا كُنَّا نَعْمَلُ مِنْ سُوءٍ ۚ بَلٰى إِنَّ اللّٰهَ عَلِيمٌ بِمَا كُنْتُمْ تَعْمَلُونَ ﴿٢٨﴾

২৯। মখোইবু (থরাই লৌদা) ফরিশতহশিংনা শিহনবা মতমদা মখোইনা তৌইদনা তৌহল্লিঙৈদা মখোইগী মথরাইশিংবু, অদুগী মতমদা মখোইনা (রায়েল-য়াথংদা) চঙজবা শাদুনা হায়গনিঃ "ঐখোইনা তৌখিদে ফত্তবা (থবক) করিমতা।" (ফরিশতহশিংনা পাও-খুমগনিঃ) মদু নত্তে, তশেংবমক অল্লাহনা মুন্না খঙই নখোইনা তৌরম্বা খোৎ-থোম্পা।

فَادْخُلُوا أَبْوَابَ جَهَنَّمَ خٰلِدِينَ فِيهَا ۖ فَلَبِئْسَ مَثْوَى الْمُتَكَبِّرِينَ ﴿٢٩﴾

৩০। মরমদুনা (নখোই) চঙলো নরককী থোংশিংদা, লৈনবগী মদুগী মনুংদা। ফত্তবনি লৈফমদু অখোই-নাপলনবশিংগী।

وَقِيلَ لِلَّذِينَ اتَّقَوْا مَاذَا أَنْزَلَ رَبُّكُمْ ۚ قَالُوا خَيْرًا ۗ لِلَّذِينَ أَحْسَنُوا فِي هٰذِهِ الدُّنْيَا حَسَنَةٌ ۚ وَلَدَارُ الْآخِرَةِ خَيْرٌ ۚ وَلَنِعْمَ دَارُ الْمُتَّقِينَ ﴿٣٠﴾

৩১। অদুগা ধর্ম্ম লম্বীনরম্বা মীওইশিংদা হায়বিগনিঃ "করি ওইগনি হায়বগে নখোইগী মপুনা থাবিরকখিবদুবু (মুহম্মদ রসুলদা)?" মখোইনা পাওখুমগনিঃ "খ্বাইদগী হেন্না ফবা (মরাহে)।" অফবা লম্বীনবশিংগীদমক্তি অফবা (ফংনিঙঙাই) নি হন্দক্কী মপোক্তা; অমসুং আখেরতকী য়ুম্না ফবা হেল্লি। কয়াদা ফত্রনা লৈফমনো ধর্ম্ম কায়দবশিংগী—

৩২। মতম চুপ্পা নুংঙাইদুনা লৈরগদৌবা (অঙ্গংবগী) লৈকোনশিংনি মখোইনা চঙগদৌরিবদু: মখা অদুদা চেল্লি (লিক্লাই মহীনরবী চাংজৌ মান্নবা ঈশিংনা ঈচেন্নবী) তুরেলশিং। মখোই ফংগনি মনুং অদুদা মখোইনা অপাম্বতা। অসুম্না অল্লাহনা পীগে মনা-মথিন ধর্ম্ম কায়দনবশিংদা.

جَنّٰتُ عَدْنٍ يَّدْخُلُوْنَهَا تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ لَهُمْ فِيْهَا مَا يَشَآءُوْنَ ؕ كَذٰلِكَ يَجْزِي اللّٰهُ الْمُتَّقِيْنَ ﴿۳۱﴾

৩৩। (মখোইগী পোক্লোইদি অসিনি ঃ) মখোইদু ফরিশতহশিংনা শিহল্লি মখোইনা অশেংবা লম্বীনরিঙৈদা (অমসুং) হায় ঃ "সলাম" (অঙ্গংবা লৈহনবিসনু নখোইদা)! চঙলো (নুংঙাইবা) লৈকোম্নুংদা নখোইনা তৌখিবা (অফবা থবকশিংগী) মতুংইন্না।

الَّذِيْنَ تَتَوَفّٰىهُمُ الْمَلٰٓئِكَةُ طَيِّبِيْنَ ۙ يَقُوْلُوْنَ سَلٰمٌ عَلَيْكُمُ ۙ ادْخُلُوا الْجَنَّةَ بِمَا كُنْتُمْ تَعْمَلُوْنَ ﴿۳۲﴾

৩৪। করি! (লমযে-খোঙফম্দাবশিং) মখোইনা ঙাইব্রা মওংদু নত্তনা ফরিশতহশিংনা লাকপা মখোইদা (মথরাই লৌবগী) নত্তগা মখোইগী মপুগী (রায়েল-চৈরাক্কী) হুকুম লাকপা? অসুম্না তৌখি মখোইগী মমাংদা লৈরম্বা মীরোনশিংসু। অল্লাহনা তৌবিখিদে অরানবা মখোইদা, তৌইগুম্বসুং মখোই মশানা মশাবু অরানবা তৌহনজখিবনি।

هَلْ يَنْظُرُوْنَ اِلَّآ اَنْ تَاْتِيَهُمُ الْمَلٰٓئِكَةُ اَوْ يَاْتِيَ اَمْرُ رَبِّكَ ؕ كَذٰلِكَ فَعَلَ الَّذِيْنَ مِنْ قَبْلِهِمْ ؕ وَمَا ظَلَمَهُمُ اللّٰهُ وَلٰكِنْ كَانُوْٓا اَنْفُسَهُمْ يَظْلِمُوْنَ ﴿۳۳﴾

৩৫। মরমদুনা মখোইনা তৌখিবা ফত্তবনা থংফাখি মখোইবু অমসুং মখোইনা নোক্কখিবা অদুনা পুংকোয়-কোয়শনবিখি মখোইবু।

فَاَصَابَهُمْ سَيِّاٰتُ مَا عَمِلُوْا وَحَاقَ بِهِمْ مَّا كَانُوْا بِهٖ يَسْتَهْزِءُوْنَ ﴿۳۴﴾

৫ শুবা রুকূ

৩৬। অদুগা মূর্তি ঈরাৎপশিংনা হায়: "অল্লাহনা করিগুম্বা অনীংবা লৈরমলবদি, ঐখোইনা ঈরাৎলম্মোই মহাক নত্তবা করিমতবু, ঐখোই নত্তগা ঐখোইগী ইপা ইপুশিংনা, নত্তগা ঐখোইনা থিংলম্মোই (চাহৈদে হায়না) পোৎ অমতা মহাক (কী হুকুম) নত্তনা।" অসুম্না তৌখি মখোইগী মমাংদা লৈরম্বশিংনসু। রসুলশিংগী করিগুম্বা দায়ী লৈব্রা (নমফু তৌবগী) তফোং-তফোংনা পাওজেল লাউথোকপা নত্তনা?

وَقَالَ الَّذِيْنَ اَشْرَكُوْا لَوْ شَآءَ اللّٰهُ مَا عَبَدْنَا مِنْ دُوْنِهٖ مِنْ شَيْءٍ نَّحْنُ وَلَآ اٰبَآؤُنَا وَلَا حَرَّمْنَا مِنْ دُوْنِهٖ مِنْ شَيْءٍ ؕ كَذٰلِكَ فَعَلَ الَّذِيْنَ مِنْ قَبْلِهِمْ ۚ فَهَلْ عَلَى الرُّسُلِ اِلَّا الْبَلٰغُ الْمُبِيْنُ ﴿۳۵﴾

وَلَقَدْ بَعَثْنَا فِي كُلِّ أُمَّةٍ رَّسُولًا أَنِ اعْبُدُوا اللَّهَ وَاجْتَنِبُوا الطَّاغُوتَ ۖ فَمِنْهُم مَّنْ هَدَى اللَّهُ وَمِنْهُم مَّنْ حَقَّتْ عَلَيْهِ الضَّلَالَةُ ۚ فَسِيرُوا فِي الْأَرْضِ فَانظُرُوا كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الْمُكَذِّبِينَ (36)

৩৭। অদুগা তশেংনমক ঐখোইনা থোকহনবিখি রসুল অমমম জাতি খুদিংদা (ধর্ম্ম পাওতাক-নবগী)ঃ "অল্লাহগী ভক্তি তৌ অমসুং থাদোকও শৈতানবু।" মতমদুদা মখোইগী মরক্তা খরবু অল্লাহনা লমজিংবিখি অমসুং অতোপ্পা অতৈনা মতিকচাখি অমাঙবা খোঙফম্নবগী। মরমদুনা পৃথিবী কোয়য় অমসুং য়েংউ করি পোল্লোঃ থোকখিবা (নবীশিংবু) মীনম্বশিংনি হায়না তৌবিখিবশিংদু!

إِن تَحْرِصْ عَلَىٰ هُدَاهُمْ فَإِنَّ اللَّهَ لَا يَهْدِي مَن يُضِلُّ ۖ وَمَا لَهُم مِّن نَّاصِرِينَ (37)

৩৮। নংনা ফনা য়াম্না খৌরাংলবসু মখোইবু লমজিংনবগী, (খঙউ) অল্লাহনা তশেংনমক লমজিংবিদে অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা লম্মুক্লহনবা (অতোপ্পবু)। অদুগা অসিগুম্বা (মীফম্তা) শিংগী লৈতে কনামতা তেংবাংবিনবা।

وَأَقْسَمُوا بِاللَّهِ جَهْدَ أَيْمَانِهِمْ ۙ لَا يَبْعَثُ اللَّهُ مَن يَمُوتُ ۚ بَلَىٰ وَعْدًا عَلَيْهِ حَقًّا وَلَٰكِنَّ أَكْثَرَ النَّاسِ لَا يَعْلَمُونَ (38)

৩৯। অদুগা মখোইনা তৌই অল্লাহগী অকনবা রাশক (অমসুং হায়) মদুদি অল্লাহনা হিংগৎহনবিরোই অশিববু। মদু নত্তে, (মহাকনা শোয়দনমক হিংগৎহনবিগনি মখোইবু) মসি রাশকনি তঙাইমকফদনা পুরা তৌবিনি মহাকনা, তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা খঙদে।

لِيُبَيِّنَ لَهُمُ الَّذِي يَخْتَلِفُونَ فِيهِ وَلِيَعْلَمَ الَّذِينَ كَفَرُوا أَنَّهُمْ كَانُوا كَاذِبِينَ (39)

৪০। (মহাকনা শোয়দনমক হিংগৎহনবিগনি মখোইবু) অদুনা মহাকনা তশেংনা খঙহনবিনবা মখোইনা য়ানরমদবা রাফমদু অমসুং লমফে-খোঙফম্নবশিংনা খঙজনবা মদুদি মখোই মীনম্বশিংনি।

إِنَّمَا قَوْلُنَا لِشَيْءٍ إِذَا أَرَدْنَاهُ أَن نَّقُولَ لَهُ كُن فَيَكُونُ (40)

৪১। তশেংবমক ঐখোইগী রাহে, ঐখোইনা করিগুম্বা থবক অমা তৌগে নীংলকপদা, ঐখোইনা হায় মদুদাঃ "ওইয়ু!" অদুদা মদু হেক্তমক ওই।

৬ শুবা রুকূ

وَالَّذِينَ هَاجَرُوا فِي اللَّهِ مِن بَعْدِ مَا ظُلِمُوا لَنُبَوِّئَنَّهُمْ

৪২। অদুগা অল্লাহগী দমক্তা ময়ুম-মকৈশিং থাদোক্লুনা য়ুমহোংখ্রবশিং মখোইবু ওৎ-নৈবিখ্রবা মতুংদা, ঐখোইনা শোয়দনমক পীবিগনি মখোইদা

فِي الدُّنْيَا حَسَنَةً ۖ وَلَأَجْرُ الْآخِرَةِ أَكْبَرُ ۚ لَوْ كَانُوا يَعْلَمُونَ ﴿٤١﴾

অফবা লৈফম হন্দক্কী মপোক্তা। তৌইগুম্বসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদা পীবিগদৌরিবা মনা-মথিন্না চাওবা হেন্নি, মখোইনা করিগুম্বা খঙলমলবদি।

الَّذِينَ صَبَرُوا وَعَلَىٰ رَبِّهِمْ يَتَوَكَّلُونَ ﴿٤٢﴾

৪৩। মখোইদু অথাংকনবনি অমসুং আশা তৌবনি মখোইগী মপুদা।

وَمَا أَرْسَلْنَا مِن قَبْلِكَ إِلَّا رِجَالًا نُّوحِي إِلَيْهِمْ ۚ فَاسْأَلُوا أَهْلَ الذِّكْرِ إِن كُنتُمْ لَا تَعْلَمُونَ ﴿٤٣﴾

৪৪। অদুগা ঐখোইনা থাখিদে নংগী মমাংদা (রসুল ওইনা) মীশিং নত্তনা মখোইদা ঐখোইনা থাবিখি (ঐখোইগী) রাপাও; মরমদুনা হংঙু নীংশিঙহনবগী (কিতাব) পায়বশিংদা, নখোইনা খঙদ্রবদি—

بِالْبَيِّنَاتِ وَالزُّبُرِ ۗ وَأَنزَلْنَا إِلَيْكَ الذِّكْرَ لِتُبَيِّنَ لِلنَّاسِ مَا نُزِّلَ إِلَيْهِمْ وَلَعَلَّهُمْ يَتَفَكَّرُونَ ﴿٤٤﴾

৪৫। (ঐখোইনা থাবিখি রসুলশিং) লোয়ননা তশেংবা দলিলশিং অমসুং কিতাবশিংগা। অদুগা ঐখোইনা থাবিখি নংঙোন্দা নীংশিঙহন্নবা (কিতাব) অদু নংনা শন্দোক্না খঙহন্নবা মীওইবশিংদা থাবিখিবদু মখোইদা, অমসুং মখোইনা রাখল তৌজনবা।

أَفَأَمِنَ الَّذِينَ مَكَرُوا السَّيِّئَاتِ أَن يَخْسِفَ اللَّهُ بِهِمُ الْأَرْضَ أَوْ يَأْتِيَهُمُ الْعَذَابُ مِنْ حَيْثُ لَا يَشْعُرُونَ ﴿٤٥﴾

৪৬। ফত্তবা থৌশীন-থৌরাং (পুথোক্তুনা নংবু হাৎনবা) তৌবশিংনা অকি-অথং কোক্লব্রা মদুদি অল্লাহনা তোংথহনবিরোই মখোইবু মখোইগী মরমদমদা, নত্ত্রগা রায়েল-চৈরাক লাকলোই মখোইগী মথক্তা মখোইনা খঙদবা মফমদগী?

أَوْ يَأْخُذَهُمْ فِي تَقَلُّبِهِمْ فَمَا هُم بِمُعْجِزِينَ ﴿٤٦﴾

৪৭। নত্ত্রগা মহাকনা ফাবিরোই মখোইবু মখোইনা হঙ্গৎ হন্দা লম চখোকপদা, মতমদুদা মখোইনা ঙমলোই অরেম্বা তাহনবা (মহাক্কী থৌরাংশিং)?

أَوْ يَأْخُذَهُمْ عَلَىٰ تَخَوُّفٍ فَإِنَّ رَبَّكُمْ لَرَءُوفٌ رَّحِيمٌ ﴿٤٧﴾

৪৮। নত্ত্রগা মহাকনা মাঙহনবিরোই মখোইবু অসুম অসুম শোংথহনবিদুনা? তশেংবমক নখোইগী মপুদি মীনুংশি চাওবনি, নুংশিহৈবনি।

أَوَلَمْ يَرَوْا إِلَىٰ مَا خَلَقَ اللَّهُ مِن شَيْءٍ يَتَفَيَّأُ ظِلَالُهُ

৪৯। মখোইবু উদব্রা অল্লাহনা শেমখিবা পোৎ খুদিংমক্কী মমি লৈরকপা য়েৎরোমদগী অমসুং ওইরোমদগী (নুমিৎকী মায়ওন মতুংইন্ন) সজদহ

عَنِ الْيَمِيْنِ وَالشَّمَآئِلِ سُجَّدًا لِلّٰهِ وَهُمْ دٰخِرُوْنَ

কত্তুনা অল্লাহদা (মহাক্কী রায়েল-য়াথং য়াদুনা). অমসুং মখোই লৈ অতোনবা মওংদা ?

وَلِلّٰهِ يَسْجُدُ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَمَا فِي الْاَرْضِ مِنْ دَآبَّةٍ وَّالْمَلٰٓئِكَةُ وَهُمْ لَا يَسْتَكْبِرُوْنَ

৫০। অদুগা আসমানদা লৈবা-পুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈবা জীব-পুম্বনা কৎলি সজদহ অল্লাহদা. অমসুং ফরিশতহশিং (সু) অদুম্না তৌই. মখোই (কদৌনুংদসু) নাপল লুথোংনদে।

يَخَافُوْنَ رَبَّهُمْ مِّنْ فَوْقِهِمْ وَيَفْعَلُوْنَ مَا يُؤْمَرُوْنَ

৫১। মখোইনা কিজে মখোইগী মপু মখোইগী মথক থোংনা লৈববু অমসুং তৌই মখোইদা য়াথংনবমখৈ।

৭ শুবা রুকূ

وَقَالَ اللّٰهُ لَا تَتَّخِذُوْٓا اِلٰهَيْنِ اثْنَيْنِ اِنَّمَا هُوَ اِلٰهٌ وَّاحِدٌ فَاِيَّايَ فَارْهَبُوْنِ

৫২। অদুগা অল্লাহনা (ময়াথং) তাকপি ঃ লৌগনু খুদা অনি (বন্দগী তৌনবা)। খুদা অমতমক লৈবনি ঃ মরমদুনা কিয়ু ঐ(ত)বু।

وَلَهٗ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ وَلَهُ الدِّيْنُ وَاصِبًا اَفَغَيْرَ اللّٰهِ تَتَّقُوْنَ

৫৩। অদুগা মহাক্কীনি আসমান অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা-পুম্বা. অমসুং মহাক্কী ময়াথং ইনবা মতিক চাবনি। নখোই লৌগে হায়ব্রা অল্লাহ নত্তবা অতৈ অতোপ্পবু নখোইগী ঙাক-শেনবিবা ওইনা ?

وَمَا بِكُمْ مِّنْ نِّعْمَةٍ فَمِنَ اللّٰهِ ثُمَّ اِذَا مَسَّكُمُ الضُّرُّ فَاِلَيْهِ تَجْـَٔرُوْنَ

৫৪। অদুগা নখোইনা ফংলিবা নুংঙাইবা পুম্নমক অল্লাহদগীনি। অদুগা অৱা-অনং থোকলবদি নখোইদা. মহাক্কী মায়কৈদা নখোইনা কপচে (লাউজে) তেংবাংবিনবগী ঃ

ثُمَّ اِذَا كَشَفَ الضُّرَّ عَنْكُمْ اِذَا فَرِيْقٌ مِّنْكُمْ بِرَبِّهِمْ يُشْرِكُوْنَ

৫৫। মতমদুদা মহাকনা লৌথোকপিরবদা অৱা-অনা নখোইদগী. য়েংউ ! নখোইগী মরক্তগী খরনা থৈজিন্নি মশরুক য়ামিন্নবশিং মখোইগী মপুদা.

لِيَكْفُرُوْا بِمَآ اٰتَيْنٰهُمْ فَتَمَتَّعُوْا فَسَوْفَ تَعْلَمُوْنَ

৫৬। অদুনা মখোইনা য়াদে ঐখোইনা পীখিবা (থৌজাল) দু মখোইগী মথক্তা। (মরমদুনা মখোইদা অসি হায়বিরি ঃ) ফরে. নখোই নুংঙাইজখো (মতম খরনং) ঃ তৌইগুম্বসুং থুনমক নখোই খঙলগনি।

৫৭। অদুগা মখোইনা খায়দোকই মখোইনা খঙদবা (অরানবা লাইশিং) গী শরুক অমা ঐখোইনা পীখিবদগী মখোইদা। অল্লাহগী কসম! নখোই শোয়দনমক হিসাব লৌবিগনি নখোইনা জাল তৌদুনা পুথোকলম্বা পুম্নমক্কী।

وَيَجْعَلُونَ لِمَا لَا يَعْلَمُونَ نَصِيبًا مِّمَّا رَزَقْنَاهُمْ ۗ تَاللَّهِ لَتُسْأَلُنَّ عَمَّا كُنتُمْ تَفْتَرُونَ ⑯

৫৮। অদুগা মখোইনা থেজল্লি অল্লাহদা (ফরিশতহশিংবু) মচা নিঙোলশিং (নি হায়জিন্দুনা)। মহাক্তি অশেংবনি! অদুম ওইনমক মখোইগীদি লৈ মখোইনা অপাম্বদা।

وَيَجْعَلُونَ لِلَّهِ الْبَنَاتِ سُبْحَانَهُ ۙ وَلَهُم مَّا يَشْتَهُونَ ⑰

৫৯। অদুগা মখোই কনাগুম্বা অমদা পাও তম্বদা (মচা) নুপী অমা (পোকলে হায়না)গী, মহাক্কী মমায় মুশিন কাশিল্লি অমসুং মথরাই য়াম্না রাই।

وَإِذَا بُشِّرَ أَحَدُهُم بِالْأُنثَىٰ ظَلَّ وَجْهُهُ مُسْوَدًّا وَهُوَ كَظِيمٌ ⑱

৬০। (ঈকাইবা শরুক্কদুনা) মহাক্ন লোত্তুনা লৈ মীয়ামদগী ফত্তবা (অমসুং নুংঙাইতবা) পাও মহাকনা ফংবগীদমক। (হৌজিক) মহাকনা থমখিগদ্রা (অঙাং নুপী মচা) অসি ঈকাই ফিরুক খুমদুনা নত্ত্রগা মহাকনা কুমজিনগদ্রা মসি (হিংনা) লৈবাক্তা? তশেংবমক ফত্তবনি মখোইনা রা লেপ্পদু।

يَتَوَارَىٰ مِنَ الْقَوْمِ مِن سُوءِ مَا بُشِّرَ بِهِ ۚ أَيُمْسِكُهُ عَلَىٰ هُونٍ أَمْ يَدُسُّهُ فِي التُّرَابِ ۗ أَلَا سَاءَ مَا يَحْكُمُونَ ⑲

৬১। শিরবা মতুংগী পুন্সিদা থাজদবা মীওইশিং মখোইগী মান্নবা মতৌনি ফত্তবনি তৌইগুম্বসুং অল্লাহগী মান্নবা মতৌনি খ্বাইদগী হেনবনি অমসুং মহাক্তি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

لِلَّذِينَ لَا يُؤْمِنُونَ بِالْآخِرَةِ مَثَلُ السَّوْءِ ۖ وَلِلَّهِ الْمَثَلُ الْأَعْلَىٰ ۚ وَهُوَ الْعَزِيزُ الْحَكِيمُ ⑳

৮ শুবা রুকূ

৬২। অদুগা অল্লাহনা করিগুম্বা রায়েল-চৈরাক থাবা তারমলবদি তাইবঙ মীওইবশিংবু মখোইনা অরানবা লম্বীনবগী, মহাকনা থাদোকপিরমলোই (পৃথিবীগী) মথক্তা জীব অমতা, তৌইগুম্বসুং মহাকনা য়েথোকপি মতম অমা য়োৌবফাওবা; অমসুং মখোইগী লেপখিবা মতম লাকলবদা, মখোইনা ঙমলোই থীথবা পুংজা অমা নত্ত্রগা মখোইনা মাংথাবা (মদুগী)।

وَلَوْ يُؤَاخِذُ اللَّهُ النَّاسَ بِظُلْمِهِم مَّا تَرَكَ عَلَيْهَا مِن دَابَّةٍ وَلَٰكِن يُؤَخِّرُهُمْ إِلَىٰ أَجَلٍ مُّسَمًّى ۖ فَإِذَا جَاءَ أَجَلُهُمْ لَا يَسْتَأْخِرُونَ سَاعَةً ۖ وَلَا يَسْتَقْدِمُونَ ㉑

৬৩। অদুগা মখোইনা থৈজিল্লি অল্লাহদা মখোইনা পামদবদু অমসুং মখোইগী মরৈতোনশিংনা হায় মীনম্বা মদুদি মখোই ফংনিঙঙাইনি অফবতা (তাইবঙ পুন্সি খোঙফমদা)। করিসু চিংনবা লৈতনা, মখোই ফংগনি থাম্বি মৈ (গী চৈরাক), অমসুং (মৈকোম) মনুংদা মখোইবু থাদোকপিগনি।

وَيَجْعَلُونَ لِلَّهِ مَا يَكْرَهُونَ وَتَصِفُ أَلْسِنَتُهُمُ الْكَذِبَ أَنَّ لَهُمُ الْحُسْنَىٰ لَا جَرَمَ أَنَّ لَهُمُ النَّارَ وَأَنَّهُم مُّفْرَطُونَ ﴿٦٣﴾

৬৪। অল্লাহগী কসম! তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখি (রসুলশিং যুগ খুদিংদা তোঙান-তোঙানবা) জাতিশিংদা নংগী মমাংদা; তৌইগুম্বসুং শৈতান্না উহনবিখ্রে মখোইগী থবকশিং ফজবগুম্না মখোইদা। মরমদুনা মহাক মখোইগী শৌরানি ঙসি নুমিত্তা অমসুং মখোই ফংগনি অৱাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

تَاللَّهِ لَقَدْ أَرْسَلْنَا إِلَىٰ أُمَمٍ مِّن قَبْلِكَ فَزَيَّنَ لَهُمُ الشَّيْطَانُ أَعْمَالَهُمْ فَهُوَ وَلِيُّهُمُ الْيَوْمَ وَلَهُمْ عَذَابٌ أَلِيمٌ ﴿٦٤﴾

৬৫। অদুগা ঐখোইনা থাখিদে কিতাবসি নংঙোন্দা (অতোপ্প রাখল-থৌরমগী), নত্তনা নংনা শন্দোক্লা তাকপিনবগী মখোইবু (অচুম্বা রাফম) মখোইনা য়ানরমদবদু; অমসুং (মসি) লমজিংনি অমসুং থৌজালনি অচুম্বা থাজবশিংদা।

وَمَا أَنزَلْنَا عَلَيْكَ الْكِتَابَ إِلَّا لِتُبَيِّنَ لَهُمُ الَّذِي اخْتَلَفُوا فِيهِ وَهُدًى وَرَحْمَةً لِّقَوْمٍ يُؤْمِنُونَ ﴿٦٥﴾

৬৬। অদুগা অল্লাহনা থাদবি নোং-ঈশিং কোরৌ নোংমদোন্দগী, অমসুং হিংগৎহল্লি মদুগা লোয়নবা শিরমলবা পৃথিবীবু। তশেংবমক, মসিদা লৈরে খুদম অমা (অচুম্বদা) মনাকোং থিংজিন্দুনা তাবা মীশিংগীদমক।

وَاللَّهُ أَنزَلَ مِنَ السَّمَاءِ مَاءً فَأَحْيَا بِهِ الْأَرْضَ بَعْدَ مَوْتِهَا إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَةً لِّقَوْمٍ يَسْمَعُونَ ﴿٦٦﴾

৯ শুবা রুকূ

৬৭। অদুগা তশেংবমক যুমশাশিংদ (সু) নখোইগী রাখল থন্নবা পারা অমা লৈ। ঐখোইনা পী নখোইদা থক্নবা (পোৎ অমা) মখোইগী মপুকশিংদা, থী অমসুং ঈগী মরক্তগী, শঙ্গোম শেংবনি অমসুং হাউবনি অথকপশিংগীদমক্তা।

وَإِنَّ لَكُمْ فِي الْأَنْعَامِ لَعِبْرَةً نُّسْقِيكُم مِّمَّا فِي بُطُونِهِ مِن بَيْنِ فَرْثٍ وَدَمٍ لَّبَنًا خَالِصًا سَائِغًا لِّلشَّارِبِينَ ﴿٦٧﴾

৬৮। অদুগা খজুর অমসুং অঙ্গুর মহৈশিংদগী নখোইনা ফংই ময়ায় কাহনবা মহী অমসুং হকচাং

وَمِن ثَمَرَاتِ النَّخِيلِ وَالْأَعْنَابِ تَتَّخِذُونَ مِنْهُ

سَكَرًا وَّ رِزْقًا حَسَنًا ۗ اِنَّ فِىْ ذٰلِكَ لَاٰيَةً لِّقَوْمٍ يَّعْقِلُوْنَ ۝٦٧

ফবা চিঞ্জাক। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা জ্ঞান তাবা মীশিংগীদমক।

وَاَوْحٰى رَبُّكَ اِلَى النَّحْلِ اَنِ اتَّخِذِىْ مِنَ الْجِبَالِ بُيُوْتًا وَّمِنَ الشَّجَرِ وَمِمَّا يَعْرِشُوْنَ ۝٦٨

৬৯। অদুগা নংগী মপুনা পীখি মপাওখোল হয়িং খোইদা (অসি হায়দুনা) ঃ "শাও খোইরা চীংশিংদা অমসুং উপাম্বীশিংদা অমসুং (মী) মখোইনা শাবা শগাইশিংদা,

ثُمَّ كُلِىْ مِنْ كُلِّ الثَّمَرٰتِ فَاسْلُكِىْ سُبُلَ رَبِّكِ ذُلُلًا ۗ يَخْرُجُ مِنْۢ بُطُوْنِهَا شَرَابٌ مُّخْتَلِفٌ اَلْوَانُهٗ فِيْهِ شِفَآءٌ لِّلنَّاسِ ۗ اِنَّ فِىْ ذٰلِكَ لَاٰيَةً لِّقَوْمٍ يَّتَفَكَّرُوْنَ ۝٦٩

৭০। "অদুনা চাও (অমৃত) হৈ (অমসুং লৈ মখল) খুদিংদগী, অমসুং ইল্লু লম্বীশিং (তম্বিখিবদু নংবু নংগী মপুনা অমসুং মদু লায়না খোকহনবিখ্রে (নংগীদমক্তা)।" থোরকই মখোইগী মপুক-শিংদগী (অথুম্বা অহাউবা)মহী অমা মচু তোঙান-তোঙানবগী, মদু ওই অনা-লাইকোক্লবা মীশিংগী। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা মুন্না রাখল খনবা মীশিংগী।

وَاللّٰهُ خَلَقَكُمْ ثُمَّ يَتَوَفّٰىكُمْ ۙ وَمِنْكُمْ مَّنْ يُّرَدُّ اِلٰٓى اَرْذَلِ الْعُمُرِ لِكَىْ لَا يَعْلَمَ بَعْدَ عِلْمٍ شَيْـًٔا ۗ اِنَّ اللّٰهَ عَلِيْمٌ قَدِيْرٌ ۝٧٠

৭১। অদুগা অল্লাহনা শেমখি (মী) নখোইবু, অদুগী তুংদা নখোইবু শিহল্লি ; অমসুং নখোইগী মরক্তা খরবু (কুইনা পুনশিহল্লগা) য়ৌহল্লি চহিনা শোল্লনা ফিবম মদুগী ফল ওইনা মখোই (পেং চোয়রক্লুনা) করিসু খঙলক্তে য়াম্না খঙখ্রবা মতুংদা। তশেংবমক, অল্লাহদি পোৎ পুম্নামক খঙবনি, শক্তি লৈ বনি।

১০ শুবা রুকূ

وَاللّٰهُ فَضَّلَ بَعْضَكُمْ عَلٰى بَعْضٍ فِى الرِّزْقِ ۚ فَمَا الَّذِيْنَ فُضِّلُوْا بِرَآدِّىْ رِزْقِهِمْ عَلٰى مَا مَلَكَتْ اَيْمَانُهُمْ فَهُمْ فِيْهِ سَوَآءٌ ۗ اَفَبِنِعْمَةِ اللّٰهِ يَجْحَدُوْنَ ۝٧١

৭২। অদুগা অল্লাহনা থৌজালবিখি নখোই খরবু অতৈগী মথক থোংনা হিংনবগী পাম্বৈদা। তৌই-শুমবসুং হেন্না থৌজালবিখ্রবা (মী) শিংনা পীথোক্তে (করিগুম্বা শরুক অমত্তা) মখোইগী হিংনবা পাম্বৈগী মখোইগী মখুৎ য়েৎথংবশিংনা দখল তৌরিবশিংদা, অদুনা মখোই ওইজনবা মান্নবা (শরুক য়ামিন্নবশিং) মদুগী। মখোইনা পীদু হায়বা য়ারোইদ্রা অল্লাহগী থৌজালবু ?

وَاللّٰهُ جَعَلَ لَكُمْ مِّنْ اَنْفُسِكُمْ اَزْوَاجًا وَّجَعَلَ لَكُمْ

৭৩। অদুগা অল্লাহনা শেম্বিখি নখোইগীদমক নতালোইশিং নখোইগী মরক্তগী, অমসুং পীখি

নখোইগী নতা-লোইশিংদগী, নচা পিবাশিং অমসুং নশু নিপাশিং, অমসুং পীখি নখোইদা অশেংবা পোৎশিং। মখোইবু থাজগে হায়রিব্রা মাঙ-তাক্কদবা অদুদা অমসুং তৌবিমল উৎলোইদ্রা অল্লাহগী থৌজালগী?

مِّنْ أَزْوَاجِكُم بَنِينَ وَحَفَدَةً وَرَزَقَكُم مِّنَ الطَّيِّبَاتِ ۚ أَفَبِالْبَاطِلِ يُؤْمِنُونَ وَبِنِعْمَتِ اللَّهِ هُمْ يَكْفُرُونَ ﴿٧٢﴾

৭৪। অদুগা মখোইনা পুজা তৌই অল্লাহ নত্তবা অতৈ অতোপ্পবু মখোইগী মপাঙ্গল করিসু লৈতবা পীবা ঙম্বগী মখোইদা করিগুম্বা চিঞ্জাক অমতা আসমানদগী নত্রগা পৃথিবীদগী, নত্রগা লৈতে মখোইগী শক্তি অমতা।

وَيَعْبُدُونَ مِن دُونِ اللَّهِ مَا لَا يَمْلِكُ لَهُمْ رِزْقًا مِّنَ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ شَيْئًا وَلَا يَسْتَطِيعُونَ ﴿٧٣﴾

৭৫। মরমদুনা শেমগনু (কনামতবু) মান্নবা ওইনা অল্লাহগী। তশেংবমক অল্লাহনা খঙই (নখোইগী কান্নদবা পুকনিং রাখল) অমসুং নখোইনা খঙদে।

فَلَا تَضْرِبُوا لِلَّهِ الْأَمْثَالَ ۚ إِنَّ اللَّهَ يَعْلَمُ وَأَنتُمْ لَا تَعْلَمُونَ ﴿٧٤﴾

৭৬। অল্লাহনা পুথোকপিরি পান্দম অমা (নখোইগীদমক্তা): নাই অমা লৈ, (মহাক) মমালনি অতোপ্পগী, মপাঙ্গল লৈতে করিগুম্বা অমগী মথক্তা; অমসুং (মনীং তম্বা অমা লৈ), মহাকপু ঐখোইনা পীখি অফবা চিঞ্জাক ঐখোইদগী, অদুনা মহাকনা তৌই খরচ মদুদগী লোৎনা অমসুং ফোংনা (মীগী কান্নবগীদমক)। মখোই অনিদু মান্নব্রা? থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহবুনি! নত্তে, মখোই অয়াম্বনা খঙদে।

ضَرَبَ اللَّهُ مَثَلًا عَبْدًا مَّمْلُوكًا لَّا يَقْدِرُ عَلَىٰ شَيْءٍ وَمَن رَّزَقْنَاهُ مِنَّا رِزْقًا حَسَنًا فَهُوَ يُنفِقُ مِنْهُ سِرًّا وَجَهْرًا ۖ هَلْ يَسْتَوُونَ ۚ الْحَمْدُ لِلَّهِ ۚ بَلْ أَكْثَرُهُمْ لَا يَعْلَمُونَ ﴿٧٥﴾

৭৭। অদুগা (অমুকসু) অল্লাহনা পুথোকপিরি (অতোপ্পা)পান্দম অমা মী অনিগী: মখোইগী মরক্তা অমদি লোন থোক্তবনি, মপাঙ্গল লৈতে করিগুম্বা পোৎ অমগী মথক্তা, অমসুং মহাকনা অরাবা ওইহল্লি মহাকপু লোইবা মপুদা; মফম অমদা মহাকপু থারবসু, মহাকনা পুরক্তে অফবা করিমতা। মহাক্কা মান্নব্রা (অতোপ্পা মী অদুগা) মহাকনা য়াথংনৈ অচুম্বা চৎহন্নবগী অমসুং মহাক মশামক অচুম্বা লম্বীনৈ?

وَضَرَبَ اللَّهُ مَثَلًا رَّجُلَيْنِ أَحَدُهُمَا أَبْكَمُ لَا يَقْدِرُ عَلَىٰ شَيْءٍ وَهُوَ كَلٌّ عَلَىٰ مَوْلَاهُ أَيْنَمَا يُوَجِّههُّ لَا يَأْتِ بِخَيْرٍ ۖ هَلْ يَسْتَوِي هُوَ وَمَن يَأْمُرُ بِالْعَدْلِ ۙ وَهُوَ عَلَىٰ صِرَاطٍ مُّسْتَقِيمٍ ﴿٧٦﴾

১১ শুবা রুকূ

৭৮। অদুগা অল্লাহগী ঙাকনি অরোনবশিং আসমানগী অমসুং পৃথিবীগী। অদুগা পুংজাদুগী থবক মিৎনা কুপ্পদা (থোকনিঙঙাই) নি, নত্তে মদুদগী হেন্না থুবসু য়াই। তশেংবমক, অল্লাহদি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

وَلِلّٰهِ غَيْبُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۗ وَمَآ اَمْرُ السَّاعَةِ اِلَّا كَلَمْحِ الْبَصَرِ اَوْ هُوَ اَقْرَبُ ۗ اِنَّ اللّٰهَ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيْرٌ ۝٧٧

৭৯। অদুগা অল্লাহনা পোকহনবিখি নখোইবু পাল্লেম নমাশিংগী গর্ভশিংদগী নখোইনা করিসু খঙদরিঙৈদা, অমসুং পীখি নখোইদা ননাকোংশিং অমসুং নমিৎশিং অমসুং নথম্মোইশিং, অদুনা নখোইনা উৎচনবা তৌবিমল খঙবা।

وَاللّٰهُ اَخْرَجَكُمْ مِّنْۢ بُطُوْنِ اُمَّهٰتِكُمْ لَا تَعْلَمُوْنَ شَيْـًٔا ۙ وَّجَعَلَ لَكُمُ السَّمْعَ وَالْاَبْصَارَ وَالْاَفْـِٕدَةَ ۙ لَعَلَّكُمْ تَشْكُرُوْنَ ۝٧٨

৮০। উদব্রা মখোইনা চেকলা উচেকশিংবু মখা পোনহনবা (অল্লাহগী রায়েল-য়াথংগী) কোরৌ নোংমদোল-মকোয়দা? কনানসু পায় (দুনা য়ান্নবি) দে মখোইবু অল্লাহ নত্তনা। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদমশিং অচুম্বা থাজবা মীশিংগীদমক্তা।

اَلَمْ يَرَوْا اِلَى الطَّيْرِ مُسَخَّرٰتٍ فِيْ جَوِّ السَّمَاۤءِ ۗ مَا يُمْسِكُهُنَّ اِلَّا اللّٰهُ ۗ اِنَّ فِيْ ذٰلِكَ لَاٰيٰتٍ لِّقَوْمٍ يُّؤْمِنُوْنَ ۝٧٩

৮১। অদুগা অল্লাহনা শেম্বিখি নখোইগীদমক পোখাফম নখোইগী য়ুমশিংদা, অমসুং শেম্বিখি (পুথোক পুশিন য়াবা) য়ুমশিং (দম্বুর ওইনা) মখোঙ মরি পানবা শাশিংগী মউনশিংদগী, মদু পুবদা (খুদোংচাই অমসুং) য়াংই নখোইনা লংফে থোকপা মতমদা, অমসুং মখোইগী মতু অশাংবদগী অমসুং মতু অতেনবদগী অমসুং মশমদগী (মহাকনা পীবি নখোইদা) য়ুমগী অচংবা পোৎলোই (ফরনিচর) অমসুং (অতৈ) শীজিন্নবা পোৎশিং মতম অমগী।

وَاللّٰهُ جَعَلَ لَكُمْ مِّنْۢ بُيُوْتِكُمْ سَكَنًا وَّجَعَلَ لَكُمْ مِّنْ جُلُوْدِ الْاَنْعَامِ بُيُوْتًا تَسْتَخِفُّوْنَهَا يَوْمَ ظَعْنِكُمْ وَيَوْمَ اِقَامَتِكُمْ ۙ وَمِنْ اَصْوَافِهَا وَاَوْبَارِهَا وَاَشْعَارِهَآ اَثَاثًا وَّمَتَاعًا اِلٰى حِيْنٍ ۝٨٠

৮২। অদুগা অল্লাহনা শেম্বিখি নখোইগীদমক, মহাকনা শেম-শাখিবা পোৎশিংদগী, উরুম লাংবা মফমশিং (অরা-পোখানবগী), অমসুং মহাকনা শেম্বিখি নখোইগী থুপ্পফম চীংজাওশিংদা, অমসুং মহাকনা শেম্বিখি ফি-রোনশিং মদুনা ঙাকই নখোইবু (নুমিৎকী) মৈশাদগী (অমসুং

وَاللّٰهُ جَعَلَ لَكُمْ مِّمَّا خَلَقَ ظِلٰلًا وَّجَعَلَ لَكُمْ مِّنَ الْجِبَالِ اَكْنَانًا وَّجَعَلَ لَكُمْ سَرَابِيْلَ تَقِيْكُمُ الْحَرَّ

وَسَرَابِيلَ تَقِيكُمْ بَأْسَكُمْ كَذٰلِكَ يُتِمُّ نِعْمَتَهُ عَلَيْكُمْ لَعَلَّكُمْ تُسْلِمُونَ ۝٨١

অঙৈংবদগী). অমসুং হকচাং কুপশিন্নবা ফিজেৎ মদুনা ঙাকই নখোইবু (শোক-পনবদগী) লান্দা। অসুম্না মহাকনা মপুং ফাহল্লি মহাক্কী থৌজালশিং নখোইগী নথক্তা, অদুনা নখোইনা চঙজনবা (মহাক্কী রায়েল মখাদা অমসুং মহাকপু লূনা ভক্তি কৎচনবা)।

فَإِنْ تَوَلَّوْا فَإِنَّمَا عَلَيْكَ الْبَلٰغُ الْمُبِينُ ۝٨٢

৮৩। মওং মতাদুদা মখোইনা মমায় ওথোকলবদি, নংগী থবক্তি তশেংনা (পাওজেল) থুংহনবতনি (মীওইবশিংদা)।

يَعْرِفُونَ نِعْمَتَ اللّٰهِ ثُمَّ يُنْكِرُونَهَا وَأَكْثَرُهُمُ الْكٰفِرُونَ ۝٨٣

৮৪। (অরান-শাজৎনবশিং) মখোইনা মশক খঙই অল্লাহগী থৌজাল, অদুম ওইনমক মখোইনা য়াদে মদু; অমসুং মখোই অয়াম্বা (মরা চেৎলবা) লমফৈ-খোঙফম্মবশিংনি।

১২ শুবা রুকূ

وَيَوْمَ نَبْعَثُ مِنْ كُلِّ أُمَّةٍ شَهِيدًا ثُمَّ لَا يُؤْذَنُ لِلَّذِينَ كَفَرُوا وَلَا هُمْ يُسْتَعْتَبُونَ ۝٨٤

৮৫। অদুগা (নীংশিঙভু) কোরৌ নুমিৎ অদুদা ঐখোইনা লেপহল্লবদা সাক্ষী অমমম জাতি খুদিংদগী, মতমদুদা লমফৈ-খোঙফম্মবশিংদো য়াথং পীবিরোই (মরাল ঙাকপিনবগী হায়জনবা) নত্তগা মখোই ফংলোই করিগুম্বা চানবিবা অমতা।

وَإِذَا رَأَى الَّذِينَ ظَلَمُوا الْعَذَابَ فَلَا يُخَفَّفُ عَنْهُمْ وَلَا هُمْ يُنْظَرُونَ ۝٨٥

৮৬। অদুগা অরানবা লম্বীনবশিংনা (তরং-তরং) উরবদা (অকিবগী মশক ওইবা) রায়েল-চৈরাকদু, মখোইবু অমুক য়াংহনবা লৈররোই নত্তগা পীররোয় মখোইবু মতম খরা পোশ্খাবা।

وَإِذَا رَأَى الَّذِينَ أَشْرَكُوا شُرَكَاءَهُمْ قَالُوا رَبَّنَا هٰؤُلَاءِ شُرَكَاؤُنَا الَّذِينَ كُنَّا نَدْعُوا مِنْ دُونِكَ

৮৭। অদুগা (অল্লাহগী) মশরুক য়ামিন্নবশিং লৈ হায়রম্বশিংনা উরবা মতমদা মখোইগী তিন্নবা লাইশিং, মখোইনা হায়গনি ঃ "ঐখোইগী মপুও! মখোইসে ঐখোইগী তিন্নবা খোয়ম লাইশিংনি মখোইবু ঐখোইনা ইতৎ-তত্তনা কৌজরম্মী চীঙু নহাক্কী মহুত্তা (মখোইনা লান্না লমজিংবিখিবনা ঐখোইবু)।" মদুগী মতুংদা (তিন্নবা লাইশিং মখোইনা তীংদা থং-থং পান্দুনা) চীনথক্তা

فَأَلْقَوْا إِلَيْهِمُ الْقَوْلَ إِنَّكُمْ لَكَٰذِبُونَ ۝٨٦

পাওখুমগনি ব্রাহৈশিংসেঃ "তশেংবমক, নখোই মীনমজাওবশিংনি।"

وَأَلْقَوْا إِلَى اللَّهِ يَوْمَئِذٍ السَّلَمَ وَضَلَّ عَنْهُم مَّا كَانُوا يَفْتَرُونَ ۝٨٧

৮৮। অদুগা (লমফৈ-খোঙফম্নবশিং) মখোইনা কখোকচগনি অল্লাহপাক্তা নুমিৎ অদুদা, অমসুং মখোইনা শাজিন্নবা পুম্নমক মাঙখিগনি মখোইদগী।

الَّذِينَ كَفَرُوا وَصَدُّوا عَن سَبِيلِ اللَّهِ زِدْنَاهُمْ عَذَابًا فَوْقَ الْعَذَابِ بِمَا كَانُوا يُفْسِدُونَ ۝٨٨

৮৯। লমফৈ-খোঙফম্নরম্বা অমসুং (মীশিংবু) থিংলম্বা অল্লাহগী লম্বীদগী-মখোইদো ঐখোইনা থোমজিনবিগনি চৈরাক্কী মথক্তা চৈরাক মরমদি মখোই মশিঞ্জাং ওইনা ফত্তবা লম্বীনরম্মী।

وَيَوْمَ نَبْعَثُ فِي كُلِّ أُمَّةٍ شَهِيدًا عَلَيْهِم مِّنْ أَنفُسِهِمْ ۖ وَجِئْنَا بِكَ شَهِيدًا عَلَىٰ هَٰؤُلَاءِ ۚ وَنَزَّلْنَا عَلَيْكَ الْكِتَابَ تِبْيَانًا لِّكُلِّ شَيْءٍ وَهُدًى وَرَحْمَةً وَبُشْرَىٰ لِلْمُسْلِمِينَ ۝٨٩

৯০। অদুগা (নীংশিঙঙু ব্রায়েল বিচারগী) নুমিৎ অদুদা ঐখোইনা লেপহল্লবদা সাক্ষী অমমম জাতি খুদিংদগী মখোইগী মায়োক্তা মখোইগী মরক্তগী, অমসুং ঐখোইনা পুথোকপিগনি নংবুসু সাক্ষী অমা ওইনা মখোইগী মায়োক্তা। অদুগা ঐখোইনা থাবিখি নংঙোন্দা কিতাবসি শন্দোক্না তাক্নুনা পোৎ পুম্নমক, অমসুং (মসি) লমজিংনি অমসুং থৌজালনি অমসুং হরাওবা পাওনি (অল্লাহগী ব্রায়েল-য়াথং য়াদুনা) চঙজবশিংদা।

১৩ শুবা রুকূ

إِنَّ اللَّهَ يَأْمُرُ بِالْعَدْلِ وَالْإِحْسَانِ وَإِيتَاءِ ذِي الْقُرْبَىٰ وَيَنْهَىٰ عَنِ الْفَحْشَاءِ وَالْمُنكَرِ وَالْبَغْيِ ۚ يَعِظُكُمْ لَعَلَّكُمْ تَذَكَّرُونَ ۝٩٠

৯১। তশেংবমক অল্লাহনা য়াথংনবি অচুম্বা তৌবা অমসুং অফবা তৌবা অতোপ্পদা অমসুং দান পীবা মরী থোকপশিংদা অমসুং মহাকনা থিংই লূদবা থবকশিং অমসুং তশেংনা ফত্তবা অমসুং লালহৌবা। মহাকনা পাওতাকপি নখোইবু অদুনা নখোইনা নপুকনিং (অপুম্বা) চঙজনবা।

وَأَوْفُوا بِعَهْدِ اللَّهِ إِذَا عَاهَدتُّمْ وَلَا تَنقُضُوا الْأَيْمَانَ بَعْدَ تَوْكِيدِهَا وَقَدْ جَعَلْتُمُ اللَّهَ عَلَيْكُمْ كَفِيلًا ۚ إِنَّ اللَّهَ يَعْلَمُ مَا تَفْعَلُونَ ۝٩١

৯২। অদুগা পুরা তৌ ব্রাশক অল্লাহগী নখোইনা ব্রাশক অমা তৌখ্রবদা, অমসুং থুগায়গনু ব্রাশকশিং অদু শোয়দবা ওইনা হায়খ্রবা মতুংদা, অমসুং নখোইনা ওইহনখ্রবদা অল্লাহবু নখোইগী জামিন। থাঙ্গৈমকশেংনা অল্লাহনা খঙই নখোইনা তৌরিবা পুম্বা।

وَلَا تَكُونُوا كَالَّتِي نَقَضَتْ غَزْلَهَا مِنْ بَعْدِ قُوَّةٍ أَنْكَاثًا تَتَّخِذُونَ أَيْمَانَكُمْ دَخَلًا بَيْنَكُمْ أَنْ تَكُونَ أُمَّةٌ هِيَ أَرْبَىٰ مِنْ أُمَّةٍ ۚ إِنَّمَا يَبْلُوكُمُ اللَّهُ بِهِ ۚ وَلَيُبَيِّنَنَّ لَكُمْ يَوْمَ الْقِيَامَةِ مَا كُنْتُمْ فِيهِ تَخْتَلِفُونَ ٩٢

৯৩। অদুগা ওইগনু (নুপী অপঙবী) মহাকগুম-মহাকনা, লং কন্না শুংজিল্লবা মতুংদা, হন্দোকই মহাক্কী অনাইবা লংদু মচেৎ-মচেৎ। নখোইনা তৌই ৱাশকশিং লৌনম তৌনবগী পাম্বে ওইনা নখোইগী মরক্তা, (অকিবা চন্দুনা) জাতি অমনা ওইরকপা য়াই হেন্না শক্তি চেনবা অতোপ্পদগী। তশেংবমক অল্লাহনা চাং'য়েংলি নখোইবু (চাংদম্নবা ৱাঙাঙ) অদুগা লোয়ননা। অদুগা মহাকনা শেংদোকপিগনি নখোইদা কিয়ামত নুমিত্তা নখোইনা য়ানরমদবা (ৱাফম) অদু।

وَلَوْ شَاءَ اللَّهُ لَجَعَلَكُمْ أُمَّةً وَاحِدَةً وَلَٰكِنْ يُضِلُّ مَنْ يَشَاءُ وَيَهْدِي مَنْ يَشَاءُ ۚ وَلَتُسْأَلُنَّ عَمَّا كُنْتُمْ تَعْمَلُونَ ٩٣

৯৪। অদুগা অল্লাহনা করিগুম্বা নীংলমলবদি, মহাকনা শেম্বিরমগনি (মী) নখোইবু জাতি অমতা (মত তিন্নহন্দুনা), তৌইগুম্বসুং মহাকনা লম্মুকন্নহল্লি মহাকনা তৌবিনীংবা (লমকেৎ লমহাইব)বু অমসুং লমজিংবি মহাকনা তৌবিনীংবা (অচুম্বা চৎপ)বু। অদুগা তশেংবমক নখোইবু ৱা হংবিগনি নখোইনা তৌরম্বা (অফ-ফত্তব)গী।

وَلَا تَتَّخِذُوا أَيْمَانَكُمْ دَخَلًا بَيْنَكُمْ فَتَزِلَّ قَدَمٌ بَعْدَ ثُبُوتِهَا وَتَذُوقُوا السُّوءَ بِمَا صَدَدْتُمْ عَنْ سَبِيلِ اللَّهِ ۖ وَلَكُمْ عَذَابٌ عَظِيمٌ ٩٤

৯৫। অদুগা তৌগনু ৱাশক পাম্বে ওইনা লৌনম তৌনবগী নখোই মশেলদা, নত্ত্রবদি নখোঙ নাপ্থোকখিগনি খোঙফম চেৎহনখ্রবা মতুংদা, অমসুং নখোই ফত্তবা (ফল) শরুক্কগনি মরমদি নখোইনা থিংই (মীশিংবু) অল্লাহগী লম্বীদগী অমসুং নখোই ফংগনি অচৌবা ৱায়েল-চৈরাক।

وَلَا تَشْتَرُوا بِعَهْدِ اللَّهِ ثَمَنًا قَلِيلًا ۚ إِنَّمَا عِنْدَ اللَّهِ هُوَ خَيْرٌ لَكُمْ إِنْ كُنْتُمْ تَعْلَمُونَ ٩٥

৯৬। অদুগা য়োল্থোক্কনু অল্লাহগী করার মমল খজিক্তুংদা। তশেংবমক, অল্লাহগী মনাক্তা লৈবা (কান্নবা) অদুনা ফবা হেল্লি নখোইগীদমক, নখোইনা করিগুম্বা খঙলমলবদি।

مَا عِنْدَكُمْ يَنْفَدُ ۖ وَمَا عِنْدَ اللَّهِ بَاقٍ ۗ وَلَنَجْزِيَنَّ الَّذِينَ صَبَرُوا أَجْرَهُمْ بِأَحْسَنِ مَا كَانُوا

৯৭। নখোইদা লৈরিবদু (থুনা) লোয়খিগনি, তৌইগুম্বসুং অল্লাহগী মনাক্তা লৈবা (মনা-মথিন) অদুনা তুং কোইবা হেল্লি। অদুগা ঐখোইনা শোয়দনমক পীবিগনি অখাংকনবশিংদা মখোইগী

يَعْمَلُوْنَ ﴿٩٦﴾

মনা-মথিন মখোইগী খ্বাইদগী হেন্না ফবা থবকশিংগী।

مَنْ عَمِلَ صَالِحًا مِّنْ ذَكَرٍ اَوْ اُنْثٰى وَهُوَ مُؤْمِنٌ فَلَنُحْيِيَنَّهٗ حَيٰوةً طَيِّبَةً ۚ وَلَنَجْزِيَنَّهُمْ اَجْرَهُمْ بِاَحْسَنِ مَا كَانُوْا يَعْمَلُوْنَ ﴿٩٧﴾

৯৮। কনাগুম্বনা লম্বীনরবদি অফবা থবক, নিপা নত্ত্রগা নুপী ওইরবসু, অমসুং মহাক ওইরবদি অচুম্বা থাজবা, ঐখোইনা শোয়দনমক পীবিগমি মহাকপু অশেংবা পুন্সি, অমসুং ঐখোইনা শোয়দনমক পীবিগনি অসিগুম্বা মীতাশিংদা মখোইগী মনা-মথিন মখোইগী খ্বাইদগী হেন্না ফবা থবকশিংগী।

فَاِذَا قَرَاْتَ الْقُرْاٰنَ فَاسْتَعِذْ بِاللّٰهِ مِنَ الشَّيْطٰنِ الرَّجِيْمِ ﴿٩٨﴾

৯৯। অদুগা নংনা কুরআন থীবা (হৌব)দা, নীজৌ মতেং অল্লাহগী ঙাকপিনবগী সিরাপ তৌবিদ্রবা শৈতান্দগী।

اِنَّهٗ لَيْسَ لَهٗ سُلْطٰنٌ عَلَى الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَلٰى رَبِّهِمْ يَتَوَكَّلُوْنَ ﴿٩٩﴾

১০০। তশেংবমক (শৈতান পাপী) মহাক্কী কাবু লৈতে অচুম্বা থাজবশিংদা অমসুং আশা তৌবশিংদা মখোইগী মপুদা।

اِنَّمَا سُلْطٰنُهٗ عَلَى الَّذِيْنَ يَتَوَلَّوْنَهٗ وَالَّذِيْنَ هُمْ بِهٖ مُشْرِكُوْنَ ﴿١٠٠﴾ ع

১০১। তশেংবমক মহাক্কী কাবু লৈবনি মথক্তা মহাক্কা মরূপনবশিংগী অমসুং অল্লাহগা শরুক য়ামিন্নবশিং লৈ হায়জিনবশিংগী।

১৪ শুবা রুকূ

وَاِذَا بَدَّلْنَاۤ اٰيَةً مَّكَانَ اٰيَةٍ ۙ وَّاللّٰهُ اَعْلَمُ بِمَا يُنَزِّلُ قَالُوْاۤ اِنَّمَاۤ اَنْتَ مُفْتَرٍ ۚ بَلْ اَكْثَرُهُمْ لَا يَعْلَمُوْنَ ﴿١٠١﴾

১০২। অদুগা ঐখোইনা মহুৎ শীনবদা পাওজেল অমগী অতোপ্পা পাওজেল অমনা—অমসুং অল্লাহনা খ্বাইদগী হেন্না খঙই মহাকনা করি (করম্না) থারকলিবা (মতমগী য়াওনগা চাননা অদুম ওইনমক)
মখোইনা হায় ঃ "নংনা চুমদনা শাজনবনি।"

قُلْ نَزَّلَهٗ رُوْحُ الْقُدُسِ مِنْ رَّبِّكَ بِالْحَقِّ لِيُثَبِّتَ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَهُدًى وَّبُشْرٰى لِلْمُسْلِمِيْنَ ﴿١٠٢﴾

১০৩। (নং) হায়য়ু ঃ "থব্রাই অশেংবনা পুথরকখি মসি নংগী মপুদগী অচুম্বগা লোয়ননা, অদুনা (মপু) মহাকনা চেৎহন্নবা (মপুকনিং) অচুম্বা থাজবশিংগী, অমসুং (মসি) লমজিংনি অমসুং হরাওবা পাওনি মুসলিমশিংগীদমক্তা।"

وَلَقَدْ نَعْلَمُ اَنَّهُمْ يَقُوْلُوْنَ اِنَّمَا يُعَلِّمُهٗ بَشَرٌ

১০৪। অদুগা তশেংনমক ঐখোইনা খঙই মদুদি মখোইনা হায় ঃ "মী অমনা তম্বি মহাকপু।"

لِسَانُ الَّذِي يُلْحِدُونَ إِلَيْهِ أَعْجَمِيٌّ وَهَٰذَا لِسَانٌ عَرَبِيٌّ مُّبِينٌ ﴿١٠٣﴾

মখোইনা ইঙ্গিত তৌরিবা মী অদুগী মরোলদি বিদেশীনি, তৌইগুম্বসুং (কুরআন) অসিদি তশেং-তশেংবা অরবী লোলনি।

إِنَّ الَّذِينَ لَا يُؤْمِنُونَ بِآيَاتِ اللَّهِ لَا يَهْدِيهِمُ اللَّهُ وَلَهُمْ عَذَابٌ أَلِيمٌ ﴿١٠٤﴾

১০৫। থাজদবশিংদো অল্লাহগী পাওজেলশিংদা, অল্লাহনা তশেংবমক লমজিংবিরোই মখোইবু অমসুং মখোই ফংগনি অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

إِنَّمَا يَفْتَرِي الْكَذِبَ الَّذِينَ لَا يُؤْمِنُونَ بِآيَاتِ اللَّهِ ۖ وَأُولَٰئِكَ هُمُ الْكَاذِبُونَ ﴿١٠٥﴾

১০৬। তশেংবমক, মখোইতনা চুমদনা শাজনবনি ঈমান্দি পুরক্লগা অল্লাহগী পাওজেলশিংদা অমসুং মখোইনি ওইরিবা মীনমক্তা ওর্বশিং।

مَن كَفَرَ بِاللَّهِ مِن بَعْدِ إِيمَانِهِ إِلَّا مَنْ أُكْرِهَ وَقَلْبُهُ مُطْمَئِنٌّ بِالْإِيمَانِ وَلَٰكِن مَّن شَرَحَ بِالْكُفْرِ صَدْرًا فَعَلَيْهِمْ غَضَبٌ مِّنَ اللَّهِ وَلَهُمْ عَذَابٌ عَظِيمٌ ﴿١٠٦﴾

১০৭। কনাগুম্বনা থাজদ্রবা অল্লাহবু মহাকনা ঈমান লৌখ্রবা মতুংদা— নত্তনা মহাকদু মহাকপু নমফ তৌদুনা (থাজহন্দবা) মদুদা, মহাক্কী পুকনিংনা অঙৈবা শরুক্কুরিঙেদা ঈমান্দা, তৌইগুম্বসুং লমফৈ-খোঙফম্নবনা (মশানা খুশী ওইনা) মথবাক হাংদোকপা মীশিংদো, মখোইগী মথক্তা অল্লাহগী অশাউবনি অমসুং মখোই ফংগনি অচৌবা রায়েল-চৈরাক।

ذَٰلِكَ بِأَنَّهُمُ اسْتَحَبُّوا الْحَيَاةَ الدُّنْيَا عَلَى الْآخِرَةِ وَأَنَّ اللَّهَ لَا يَهْدِي الْقَوْمَ الْكَافِرِينَ ﴿١٠٧﴾

১০৮। মসিনি (মখোইগী মরাল) মরমদি মখোইনা পামশিল্লি তাইবঙ পুন্সিবু হেন্না আখেরতদগী অমসুং মরমসিনা অল্লাহদা লমজিংবিদে লমফৈ-খোঙফম্নবা মীশিংবু।

أُولَٰئِكَ الَّذِينَ طَبَعَ اللَّهُ عَلَىٰ قُلُوبِهِمْ وَسَمْعِهِمْ وَأَبْصَارِهِمْ ۖ وَأُولَٰئِكَ هُمُ الْغَافِلُونَ ﴿١٠٨﴾

১০৯। মখোইসিগী মথম্মোইশিং অমসুং মনাকোংশিং অমসুং মমিৎশিং অল্লাহনা মোহর নমশিনবিখ্রে। অদুগা মখোইসে মপুকনিং চঙদবশিংনি (কুরআনগী রাপাওদা)।

لَا جَرَمَ أَنَّهُمْ فِي الْآخِرَةِ هُمُ الْخَاسِرُونَ ﴿١٠٩﴾

১১০। করিসু চিংনবা লৈতনা, মখোইসে অমাঙবা শরুক্কুরগনি শিরবা মতুংগী পুন্সিদা।

ثُمَّ إِنَّ رَبَّكَ لِلَّذِينَ هَاجَرُوا مِن بَعْدِ مَا فُتِنُوا ثُمَّ جَاهَدُوا وَصَبَرُوا إِنَّ رَبَّكَ مِن بَعْدِهَا لَغَفُورٌ

১১১। তশেংবমক, নংগী মপুদি (চানবিহৈবনি) ময়ুম-মকৈশিং হোংখ্রবশিংদা মখোইবু (তমথীনা) ওৎ-নৈবিখ্রবদা, মতমদুদা মখোইনা কন্না হোৎনজখি অমসুং অরাবা খাংখি (অল্লাহগী

رَّحِيمٌ ﴿١١١﴾

মরমদা)— থাঙ্গৈমকশেংনা মদুগী মতুংদা নংগী মপুদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

১৫ শুবা রুকূ

يَوْمَ تَأْتِي كُلُّ نَفْسٍ تُجَادِلُ عَن نَّفْسِهَا وَتُوَفَّىٰ كُلُّ نَفْسٍ مَّا عَمِلَتْ وَهُمْ لَا يُظْلَمُونَ ﴿١١٢﴾

১১২। (ৱায়েল বিচারগী) নুমিৎ অদুদা থৱাই খুদিংমক লাক্কনি মাগী-মাগী ফনবা ভাগুদুনা, অমসুং থৱাই খুদিংদা পীবিগনি পুরা-পুরা মাগী-মাগী তৌজ মতিকমল অমসুং মখোইবু লান্না থক তৌবিরোই।

وَضَرَبَ اللَّهُ مَثَلًا قَرْيَةً كَانَتْ آمِنَةً مُّطْمَئِنَّةً يَأْتِيهَا رِزْقُهَا رَغَدًا مِّن كُلِّ مَكَانٍ فَكَفَرَتْ بِأَنْعُمِ اللَّهِ فَأَذَاقَهَا اللَّهُ لِبَاسَ الْجُوعِ وَالْخَوْفِ بِمَا كَانُوا يَصْنَعُونَ ﴿١١٣﴾

১১৩। অদুগা অল্লাহনা তৌবিরি পান্দম অমা শহর অমগী মদু (য়েলহৌভেদা) খুদোংথীবা লৈরমদে অমসুং ঈংনা-চিক্না পান্নম্মী (ৱাত্ত-পাদবা শরুক্নদুনা); মাগী হিংনবগী পাম্বৈ লাকখি মরাংকায়না লমদম খুদিংদগী; তৌইগুম্বসুং মদুনা য়াখিদে অল্লাহগী থৌজালশিংবু, মরমদুনা অল্লাহনা মহাউ তংহনবিখি মদুবু চরা হেলহনবা অমসুং কিবা (মদুনা কুপশিনবিখি শহর অদুবু) শেংইন্নবা ফিরোনগুম্না মখোইনা তৌজখিবগী মতুংইন্না।

وَلَقَدْ جَاءَهُمْ رَسُولٌ مِّنْهُمْ فَكَذَّبُوهُ فَأَخَذَهُمُ الْعَذَابُ وَهُمْ ظَالِمُونَ ﴿١١٤﴾

১১৪। অদুগা থাঙ্গৈমকশেংনা লাকখি মখোইদা রসুল অমা মখোইগী মরক্তগী, তৌইগুম্বসুং মখোইনা (পাইমা ঈরৈচল ওইদুনা) য়াখিদে মহাকপু, মরমদুনা ৱায়েল-চৈরাকনা ফাখি মখোইবু, মখোইনা অরানবা লম্বীনরিঙেদা।

فَكُلُوا مِمَّا رَزَقَكُمُ اللَّهُ حَلَالًا طَيِّبًا وَاشْكُرُوا نِعْمَتَ اللَّهِ إِن كُنتُمْ إِيَّاهُ تَعْبُدُونَ ﴿١١٥﴾

১১৫। মরমদুনা চাও আইন্না য়াবা অমসুং অশেংবা পোৎশিংতা অল্লাহনা পীখিবদু নখোইগীদমক্তা; অমসুং তৌবিমল খঙবা উৎলু অল্লাহগী থৌজালগী, মহাকপু ওইরবদি নখোইনা খুরুম খাজংবা।

إِنَّمَا حَرَّمَ عَلَيْكُمُ الْمَيْتَةَ وَالدَّمَ وَلَحْمَ الْخِنزِيرِ

১১৬। তশেংনমক মহাকনা থিংখিবদি নখোইবু (চাগনু হায়না): মথল্লা শিজবা (শা) অমসুং ঈ অমসুং ওকশা অমসুং অল্লাহগী নম্ববা মতৈ

وَمَآ أُهِلَّ لِغَيْرِ ٱللَّهِ بِهِۦ ۖ فَمَنِ ٱضْطُرَّ غَيْرَ بَاغٍ وَلَا عَادٍ فَإِنَّ ٱللَّهَ غَفُورٌ رَّحِيمٌ ﴿١١٥﴾

অতোপ্পগী (মমিং) শোলখ্রবা (লেনবা মতমদা)। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা তঙাইফদবা মতাংদা অপাম্বদগী নত্তবা নত্তগা কা হেন্দোকপদগী (পোৎশিংসি চারুবা) নত্তবদি, মতমদুদা, তশেংবমক. অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَلَا تَقُولُوا۟ لِمَا تَصِفُ أَلْسِنَتُكُمُ ٱلْكَذِبَ هَٰذَا حَلَٰلٌ وَهَٰذَا حَرَامٌ لِّتَفْتَرُوا۟ عَلَى ٱللَّهِ ٱلْكَذِبَ ۚ إِنَّ ٱلَّذِينَ يَفْتَرُونَ عَلَى ٱللَّهِ ٱلْكَذِبَ لَا يُفْلِحُونَ ﴿١١٦﴾

১১৭। অদুগা হায়গনু, নখোইগী নরেতোনশিংনা হায়দোকপদা, (মী মাঙনবা) মীনম্বাঃ "মসি হলালনি অমসুং মসি হরামনি," অদুনা নখোইনা থংজিন্নবা মীনম্বা অল্লাহদা। তশেংবমক, অল্লাহদা মীনম্বা থংজিনবশিং (কদৌনুংদসু) চাওখৎলোই।

مَتَٰعٌ قَلِيلٌ وَلَهُمْ عَذَابٌ أَلِيمٌ ﴿١١٧﴾

১১৮। (ভাইবঙ পুন্সিসে) ঙাইহক্তুংগী নুংঙাইবনি, তৌইগুম্বসুং (কায়থংদা) মখোই ফংগনি অৱাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক (মতম কুইনা)।

وَعَلَى ٱلَّذِينَ هَادُوا۟ حَرَّمْنَا مَا قَصَصْنَا عَلَيْكَ مِن قَبْلُ ۖ وَمَا ظَلَمْنَٰهُمْ وَلَٰكِن كَانُوٓا۟ أَنفُسَهُمْ يَظْلِمُونَ ﴿١١٨﴾

১১৯। অদুগা য়হুদীশিংদ(সু) ঐখোইনা থিংনিখি (মসিগী) মমাংদা ঐখোইনা লীবিরিবা পুম্নামকসি নংঙোন্দা ; অমসুং ঐখোইনা তৌবিখিদে অরানবা মখোইদা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা তৌজখিবনি অরানবা মখোই মশামক্তুদা।

ثُمَّ إِنَّ رَبَّكَ لِلَّذِينَ عَمِلُوا۟ ٱلسُّوٓءَ بِجَهَٰلَةٍ ثُمَّ تَابُوا۟ مِنۢ بَعْدِ ذَٰلِكَ وَأَصْلَحُوٓا۟ إِنَّ رَبَّكَ مِنۢ بَعْدِهَا لَغَفُورٌ رَّحِيمٌ ﴿١١٩﴾

১২০। অদুগা নংগী মপুদি তশেংনমক (ঙাকপিহৈবনি) খঙদবদগী ফত্তরম লম্বীনখি-বশিংদা অমসুং অদুগী তুংদা নুংনাংবা ফোংদোকচরবা অমসুং (মরমচৎ) চুমথোক-চরবদি, তশেংবমক, মদুগী মতুংদা নংগী মপুদি য়োনজ— কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

১৬ শুনা রুকু

إِنَّ إِبْرَٰهِيمَ كَانَ أُمَّةً قَانِتًا لِّلَّهِ حَنِيفًا وَلَمْ يَكُ مِنَ ٱلْمُشْرِكِينَ ﴿١٢٠﴾

১২১। থাঙ্গৈশেংবমক ইব্রাহীমদু ওইখি খ্বাইদগী পুমহেন-হেনবা পুণ্য লৈবা অল্লাহগী ময়াথঙ ইনবা, তুররিংবা অমা অমসুং মহাক ওইখিদে (অমা) অল্লাহগী মমাম্নবশিং লৈ হায়জিনবশিংগী ;

شَاكِرًا لِّأَنْعُمِهِ ۚ ٱجْتَبَىٰهُ وَهَدَىٰهُ إِلَىٰ صِرَٰطٍ

১২২। তৌবিমল খঙবনি মহাক্কী থৌজালশিংগী।

مُّسْتَقِيمٍ ⑫١

অল্লাহনা খনবিখি মহাকপু অমসুং লমজিংবিখি মহাকপু অচুম্বা লম্বীদা।

وَاٰتَيۡنٰهُ فِى الدُّنۡيَا حَسَنَةً ؕ وَاِنَّهٗ فِى الۡاٰخِرَةِ لَمِنَ الصّٰلِحِيۡنَ ⑫٢

১২৩। অদুগা ঐখোইনা পীখি মহাকপু অফবা হন্দক্কী মপোক্তা, অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদা মহাক শোয়দনমক তিনগনি মরক্তা ধর্ম্ম লৈবশিংগী।

ثُمَّ اَوۡحَيۡنَاۤ اِلَيۡكَ اَنِ اتَّبِعۡ مِلَّةَ اِبۡرٰهِيۡمَ حَنِيۡفًا ؕ وَمَا كَانَ مِنَ الۡمُشۡرِكِيۡنَ ⑫٣

১২৪। অদুগা হৌজিক ঐখোইনা ফোংদোকপিখ্রে নংঙোন্দা! (য়াথংনবিদুনা) ঃ "ইল্লু ধর্ম্ম ইব্রাহীম তুররিংবগী অমসুং মহাক ওইখিদে (অমা) অল্লাহগী মমান্নবশিং লৈ হায়জিনবশিংগী।

اِنَّمَا جُعِلَ السَّبۡتُ عَلَى الَّذِيۡنَ اخۡتَلَفُوۡا فِيۡهِ ؕ وَاِنَّ رَبَّكَ لَيَحۡكُمُ بَيۡنَهُمۡ يَوۡمَ الۡقِيٰمَةِ فِيۡمَا كَانُوۡا فِيۡهِ يَخۡتَلِفُوۡنَ ⑫٤

১২৫। 'সববাথ' (লাইনীংবা মাংথোকপগী চৈরাক) থাবিখি মথক্তা মদু য়াখিদবশিংতগী, অমসুং নংগী মপুনা শোয়দনমক তৌবিগনি রায়েল বিচার মখোইগী মরক্তা কিয়ামত নুমিত্তা মখোইনা য়ানরমদবা অদুগী মরমদা।

اُدۡعُ اِلٰى سَبِيۡلِ رَبِّكَ بِالۡحِكۡمَةِ وَالۡمَوۡعِظَةِ الۡحَسَنَةِ وَجَادِلۡهُمۡ بِالَّتِىۡ هِىَ اَحۡسَنُ ؕ اِنَّ رَبَّكَ هُوَ اَعۡلَمُ بِمَنۡ ضَلَّ عَنۡ سَبِيۡلِهٖ وَهُوَ اَعۡلَمُ بِالۡمُهۡتَدِيۡنَ ⑫٥

১২৬। বারতোন তৌ (মীওইবশিংবু) নংগী মপুগী লম্বীদা লোয়ননা লৌশিং অমসুং অফবা পাওতাক্কা, অমসুং মরে য়েৎনৌ মখোইগা থোইদোক্না ফজবা মওংদা। তশেংবমক, নংগী মপুনা খ্বাইদগী হেন্না খঙই কনানা লম্মুকনবা মহাক্কী লম্বীদগী; অমসুং মহাকনা (অমুকসু) খঙই অচুম্বা লমজিং ইনবা মখোইদু।

وَاِنۡ عَاقَبۡتُمۡ فَعَاقِبُوۡا بِمِثۡلِ مَا عُوۡقِبۡتُمۡ بِهٖ ؕ وَلَئِنۡ صَبَرۡتُمۡ لَهُوَ خَيۡرٌ لِّلصّٰبِرِيۡنَ ⑫٦

১২৭। অদুগা করিগুম্বা নখোইনা চৈরাক পীনীংলবদি (মীওৎপা অমসুং মী থিনগায়-বশিংবু), মতমদুদা নখোই চৈরাক পীবা য়াগনি নখোইবু লান্না তৌবিখিবা অদুগা মান্নবতা। তৌইগুম্বসুং নখোইনা উৎলবদি অখাংকনবা, মদুনা হেন্না অফবনি অখাং কনবশিংগীদমক্তা।

وَاصۡبِرۡ وَمَا صَبۡرُكَ اِلَّا بِاللّٰهِ وَلَا تَحۡزَنۡ عَلَيۡهِمۡ وَلَا تَكُ فِىۡ ضَيۡقٍ مِّمَّا يَمۡكُرُوۡنَ ⑫٧

১২৮। অদুগা নং অখাংকল্লু অমসুং নংগী অখাংকনবদু ওইথোকপনি অল্লাহগী (মতেং) না অমসুং (নং) থোইনমক রাশিনগনু মখোইগীদমক্তা নত্রগা থোইনমক ওলাংগনু মখোইগী (ফত্তবা) থৌশীন-থৌরাংশিংগী।

১২৮। থাঙ্গৈমকশেংনা অল্লাহনা (মতম-পুম্বদা) লোয়নবি ধর্ম্ম কায়দবশিংগা অমসুং অফবা খানবশিংগা (অতোপ্পদা)।

إِنَّ اللّٰهَ مَعَ الَّذِيْنَ اتَّقَوْا وَّ الَّذِيْنَ هُمْ مُّحْسِنُوْنَ ﴿۱۲۸﴾



سُوْرَةُ بَنِيْٓ اِسْرَآءِيْلَ مَكِّيَّةٌ



## বনী ইস্রাঈল সূরহ ১৭

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ১১২নি)

১ নবা রুকূ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ﴿۱﴾

২। অশেংবনি মহাক্তি—মহাকনা পুবিখি মহাক্কী মনাই নিপাবু অহিং তাংলৌদা মসজিদ অশেংবদগী অরাপ্পা মসজিদদা, মদুগী অকোয়বদা লৈরিবা লমশিংদু ঐখোইনা ওইহনবিখ্রে য়াইফবা, অদুনা ঐখোইনা উহন্নবা মহাকপু ঐখোইগী খুদম খরা। তশেংবমক মহাক্তি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক উবনি।

سُبْحٰنَ الَّذِيْٓ اَسْرٰى بِعَبْدِهٖ لَيْلًا مِّنَ الْمَسْجِدِ الْحَرَامِ اِلَى الْمَسْجِدِ الْاَقْصَا الَّذِيْ بٰرَكْنَا حَوْلَهٗ لِنُرِيَهٗ مِنْ اٰيٰتِنَا ۭ اِنَّهٗ هُوَ السَّمِيْعُ الْبَصِيْرُ ﴿۲﴾

৩। অদুগা ঐখোইনা পীখি মুসাদা (তৌরাত) কিতাবদু অমসুং ঐখোইনা ওইহনবিখি মদু লমজিং ইস্রাঈল মচাশিংগী (অসি হায়দুনা)ঃ "লৌগনু কনামতবু ঐ নত্তনা (নখোইগী) ঙাক-শেনবিবা ওইনা।

وَاٰتَيْنَا مُوْسَى الْكِتٰبَ وَجَعَلْنٰهُ هُدًى لِّبَنِيْٓ اِسْرَآءِيْلَ اَلَّا تَتَّخِذُوْا مِنْ دُوْنِيْ وَكِيْلًا ﴿۳﴾

৪। "(নখোইসে) মচা-মশুশিংনি মখোইদুগী—মখোইবু পুবিখি ঐখোইনা (রাকয়ে হীজাওদা) লোয়ননা নুহগা। তশেংবমক, মহাক ওইখি (য়াম্না) তৌবিমল খঙবা ইনাই অমা।"

ذُرِّيَّةَ مَنْ حَمَلْنَا مَعَ نُوْحٍ ۭ اِنَّهٗ كَانَ عَبْدًا شَكُوْرًا ﴿۴﴾

৫। অদুগা ঐখোইনা ফোংদোকপিখি ইস্রাঈল মচাশিংদা কিতাবদা (অসি হায়দুনা)ঃ "নখোইনা শোয়দনমক থোকহনগদৌরি অমাঙবা (জেরুসালেমগী)লমদা অনিরক হন্না অমসুং

وَقَضَيْنَآ اِلٰى بَنِيْٓ اِسْرَآءِيْلَ فِي الْكِتٰبِ لَتُفْسِدُنَّ فِي الْاَرْضِ مَرَّتَيْنِ وَلَتَعْلُنَّ عُلُوًّا كَبِيْرًا ﴿۵﴾

নখোই শোয়দনমক ওইগদৌরি লমকেৎ-লমহাইবা।"

৬। মরমদুনা ৱাশক অনি অদুগী অহানবগী মতম লাকখিবদা, ঐখোইনা থাবিখি নখোইগী মায়োক্তা ইনাইশিং (খরা ঐখোইগী) থোইদোক্না মথৌনা লৈবনি (শা-লান্দা), মখোইনা চঙখি নখোইগী য়ুমশিংদা (অমসুং শহরশিংদা) ; অমসুং ঐখোইনা তৌখিবা ৱাশকদু তঙাইফদনা পাংথোকপা তাখি (থবক ওইনা)।

فَإِذَا جَآءَ وَعْدُ أُولَىٰهُمَا بَعَثْنَا عَلَيْكُمْ عِبَادًا لَّنَآ أُو۟لِى بَأْسٍ شَدِيدٍ فَجَاسُوا۟ خِلَـٰلَ ٱلدِّيَارِ ۚ وَكَانَ وَعْدًا مَّفْعُولًا ⑥

৭। অদুগী মতুংদা ঐখোইনা অমুকহন্না পীখি নখোইদা শক্তি মখোইগী মথক্তা, অমসুং তেংবাংবিখি নখোইবু লন-থুম অমসুং নচাশিং পীবিদুনা, অমসুং হেনগৎহনবিখি নখোইগী মীশিং য়াম্না।

ثُمَّ رَدَدْنَا لَكُمُ ٱلْكَرَّةَ عَلَيْهِمْ وَأَمْدَدْنَـٰكُم بِأَمْوَٰلٍ وَبَنِينَ وَجَعَلْنَـٰكُمْ أَكْثَرَ نَفِيرًا ⑦

৮। (হৌজিক) নখোইনা অফবা তৌরগা, নখোইনা অফবা তৌজবনি নশাগী থৱাইগী; অমসুং নখোইনা ফত্তবা তৌরগা, মদু নশাগী (অমাঙব)নি। মরম অদুনা অকোনবা ৱাশক্কী মতম লাকখিবদা, (ঐখোইনা পুথোকপিখি মী কাঙলুপ অমা নখোইগী মায়োক্তা) অদুনা মখোইনা অৱাবা নংহনবিখি নখোইবু, অমসুং মখোইনা চঙখি মসজিদদা মখোইনা অহানবা চঙবমক্তদা অমসুং মখোইনা তুম্না মাঙহনবিখি মখোইনা জয় তৌব-তৌবশিংদু।

إِنْ أَحْسَنتُمْ أَحْسَنتُمْ لِأَنفُسِكُمْ ۖ وَإِنْ أَسَأْتُمْ فَلَهَا ۚ فَإِذَا جَآءَ وَعْدُ ٱلْـَٔاخِرَةِ لِيَسُـٔۥٓا۟ وُجُوهَكُمْ وَلِيَدْخُلُوا۟ ٱلْمَسْجِدَ كَمَا دَخَلُوهُ أَوَّلَ مَرَّةٍ وَلِيُتَبِّرُوا۟ مَا عَلَوْا۟ تَتْبِيرًا ⑧

৯। নখোইগী মপুনা থৌজালবিবসু য়াই নখোইবু; তৈইগুম্বসুং নখোইনা হনজল্লবদি (হান্নগী) ফত্তরমদা, ঐখোই(সু) হনজনগনি।অদুগা ঐখোইনা শেম্বিখ্রে নরকপু কৈশুমশঙ ওইনা লমফৈ-খোঙফম্ন-বশিংগী।

عَسَىٰ رَبُّكُمْ أَن يَرْحَمَكُمْ ۚ وَإِنْ عُدتُّمْ عُدْنَا ۘ وَجَعَلْنَا جَهَنَّمَ لِلْكَـٰفِرِينَ حَصِيرًا ⑨

১০। তশেংবমক, কুরআন অসিনা লমজিংই (মী পুম্নমকবু) খ্বাইদগী হেন্না অচুম্বদা অমসুং পী হরাওবা পাও ঈমান্দারশিং অফবা থবকশিং

إِنَّ هَـٰذَا ٱلْقُرْءَانَ يَهْدِى لِلَّتِى هِىَ أَقْوَمُ وَيُبَشِّرُ

ٱلْمُؤْمِنِينَ ٱلَّذِينَ يَعْمَلُونَ ٱلصَّٰلِحَٰتِ أَنَّ لَهُمْ أَجْرًا كَبِيرًا ﴿١٠﴾

তৌবদা মদুদি মখোই ফংগনি অচৌবা মনা-মথিন।

وَأَنَّ ٱلَّذِينَ لَا يُؤْمِنُونَ بِٱلْءَاخِرَةِ أَعْتَدْنَا لَهُمْ عَذَابًا أَلِيمًا ﴿١١﴾

১১। অদুগা অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইদুনা থাজদবা শিরবা মতুংগী পুন্সিদা, ঐখোইনা থৌরাং তৌবিখ্রে মখোইগীদমক অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাক।

২ শুবা রুকূ

وَيَدْعُ ٱلْإِنسَٰنُ بِٱلشَّرِّ دُعَآءَهُۥ بِٱلْخَيْرِ ۖ وَكَانَ ٱلْإِنسَٰنُ عَجُولًا ﴿١٢﴾

১২। অদুগা মীনা নীজে ফত্তবা মহাকনা নীজগদবগুম্না অফবা; অমসুং মীদি তফিং-তফিংই।

وَجَعَلْنَا ٱلَّيْلَ وَٱلنَّهَارَ ءَايَتَيْنِ ۖ فَمَحَوْنَآ ءَايَةَ ٱلَّيْلِ وَجَعَلْنَآ ءَايَةَ ٱلنَّهَارِ مُبْصِرَةً لِّتَبْتَغُوا۟ فَضْلًا مِّن رَّبِّكُمْ وَلِتَعْلَمُوا۟ عَدَدَ ٱلسِّنِينَ وَٱلْحِسَابَ ۚ وَكُلَّ شَىْءٍ فَصَّلْنَٰهُ تَفْصِيلًا ﴿١٣﴾

১৩। অদুগা ঐখোইনা শেম্বিখ্রে অহিং অমসুং নুংথিলবু খুদম অনি ওইনা, অমসুং অহিংগী খুদমবু ঐখোইনা ওইহল্লি অমম্বা অমসুং নুংথিলগী খুদমবু ঐখোইনা ওইহল্লি উবা ফংবা (মঙাল য়াওবা), অদুনা নখোইনা থিজনবা থৌজাল নখোইগী মপুদগী অমসুং অদুনা নখোইনা খঙনবা চহি মশিং থিবগী থবক অমসুং (মতম) হিসাব তৌবা। অদুগা পোৎ খুদিংমক ঐখোইনা তাকপিমাচা খায়না।

وَكُلَّ إِنسَٰنٍ أَلْزَمْنَٰهُ طَٰٓئِرَهُۥ فِى عُنُقِهِۦ ۖ وَنُخْرِجُ لَهُۥ يَوْمَ ٱلْقِيَٰمَةِ كِتَٰبًا يَلْقَىٰهُ مَنشُورًا ﴿١٤﴾

১৪। অদুগা মী খুদিংগী থবকশিং ঐখোইনা ফাজন্দুনা থমই মহাক্কী মঙক্তা; অমসুং কিয়ামত নুমিত্তা ঐখোইনা পুথোকপিগনি মহাক্কীদমক্তা কিতাব অমা (মহাক্কী থবকশিং শিৎ-শিৎনা ইবা) মদু মহাকনা ফংগনি পাক্লা ফাক্তোকপা।

ٱقْرَأْ كِتَٰبَكَ كَفَىٰ بِنَفْسِكَ ٱلْيَوْمَ عَلَيْكَ حَسِيبًا ﴿١٥﴾

১৫। (অসি হায়বিগনি মঙোন্দা ঃ) "পাও নংগী কিতাবসে। মতিক ওকপনি নং নশানা হিসাব শুবা নংগী (থবকশিংগী)দমক ঙসি নুমিত্তা।"

مَّنِ ٱهْتَدَىٰ فَإِنَّمَا يَهْتَدِى لِنَفْسِهِۦ ۖ وَمَن ضَلَّ فَإِنَّمَا يَضِلُّ عَلَيْهَا ۚ وَلَا تَزِرُ وَازِرَةٌ وِزْرَ أُخْرَىٰ

১৬। কনাগুম্বা মীনা ইল্লবদি অচুম্বা লমজিং মহাকনা ইল্লি মদু মহাক্কী থরাইগী (ফনবগী)-দমক; অমসুং কনাগুম্বা মীনা লম্মুক্নরবদি মহাকনা লম্মুক্লজে মহাক মাঙনবগী। অদুগা

وَمَا كُنَّا مُعَذِّبِينَ حَتَّىٰ نَبْعَثَ رَسُولًا ﴿١٥﴾

কনাগুম্বা পোৎলুম পুবা মী অমত্তনা পুবিরোই (পাপকী) পোৎলুম অতোপ্পগী। ঐখোইনা কদৌনুংদসু থাবিদে রায়েল-চৈরাক ঐখোইনা থাবিদরিবা ফাওবা রসুল অমা।

وَإِذَا أَرَدْنَا أَن نُّهْلِكَ قَرْيَةً أَمَرْنَا مُتْرَفِيهَا فَفَسَقُوا فِيهَا فَحَقَّ عَلَيْهَا الْقَوْلُ فَدَمَّرْنَاهَا تَدْمِيرًا ﴿١٦﴾

১৭। অদুগা ঐখোইনা নীংলকপদা মাঙহনবিরগে হায়না শহর অমা, ঐখোইনা (অহানবদা) থাই ঐখোইগী হুকুম মদুদা লৈবা মীশিং (থৌশা-রাশাদবা হৈনখ্রব)দা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা লম হেন্দোকই মদুদা ; মরমদুনা দণ্ড পীবা তঙাইফদবা ওইরকই মাগী মথক্তা, অমসুং ঐখোইনা মাঙহল্লি মদু পুমতুম-তুম্না।

وَكَمْ أَهْلَكْنَا مِنَ الْقُرُونِ مِن بَعْدِ نُوحٍ ۗ وَكَفَىٰ بِرَبِّكَ بِذُنُوبِ عِبَادِهِ خَبِيرًا بَصِيرًا ﴿١٧﴾

১৮। অদুগা চারোন-শুরোন কয়া ঐখোইনা মাঙহনবিখ্রবা নূহগী মতুংদা! অদুগা নংগী মপুনা চপচানা খঙবনি অমসুং উবনি মহাক্কী মনাইশিংগী মপাপশিং।

مَّن كَانَ يُرِيدُ الْعَاجِلَةَ عَجَّلْنَا لَهُ فِيهَا مَا نَشَاءُ لِمَن نُّرِيدُ ثُمَّ جَعَلْنَا لَهُ جَهَنَّمَ يَصْلَاهَا مَذْمُومًا مَّدْحُورًا ﴿١٨﴾

১৯। কনাগুম্বনা পামলবদি তাইবঙ পুন্সি, ঐখোইনা থুনা পীবি মহাকপু—অসিগুম্বা পোৎশিং ঐখোইনা পীবিনীংবা, অসিগুম্বা মীওইদা ঐখোইনা পীনীংবা; কায়থংদা ঐখোইনা পীবিনি নরক মহাকপু, মহাক চঙগনি মনুং অদুদা পুমলাল লাল্লবা ওইনা (অমসুং) য়াবিদদুনা।

وَمَنْ أَرَادَ الْآخِرَةَ وَسَعَىٰ لَهَا سَعْيَهَا وَهُوَ مُؤْمِنٌ فَأُولَٰئِكَ كَانَ سَعْيُهُم مَّشْكُورًا ﴿١٩﴾

২০। অদুগা কনাগুম্বনা পামলবদি আখেরতবু অমসুং হোৎনরবদি মদুগীদমক মহাকনা হোৎনফম থোকপা অমসুং মহাক ওইরবদি ঈমানরালা অমা — মখোইসিনি মখোইগী হোৎনবদু য়াবিগদৌবা (অল্লাহনা)।

كُلًّا نُّمِدُّ هَٰؤُلَاءِ وَهَٰؤُلَاءِ مِنْ عَطَاءِ رَبِّكَ ۚ وَمَا كَانَ عَطَاءُ رَبِّكَ مَحْظُورًا ﴿٢٠﴾

২১। (মী) পুম্নমক্তা ঐখোইনা তেংবাংই— (অচুম্বা অমসুং মতিকচাবা) মখোইদুদা অমসুং (চুমদবা অমসুং ফত্তরম লম্বীনবা) মখোইসিদা বখশিশনি নংগী মপুদগী। অদুগা নংগী মপুগী বখশিশদি থিংবা লৈতে (কনাগুম্বা মীদা)।

انظُرْ كَيْفَ فَضَّلْنَا بَعْضَهُمْ عَلَىٰ بَعْضٍ ۚ وَلَلْآخِرَةُ أَكْبَرُ

২২। য়েংউ করম্না ঐখোইনা চাওহনবিবা মখোই

دَرَجٰتٍ وَّاَكْبَرُ تَفْضِيْلًا ﴿٢١﴾

খরবু অতোপ্পগী মথক্তা (তাইবঙ পুন্সিদা)। অদুগা তশেংবমক আখেরতনা চাওবা হেল্লি থাক্তা অমসুং রাংবা হেল্লি গুণদা।

لَا تَجْعَلْ مَعَ اللّٰهِ اِلٰهًا اٰخَرَ فَتَقْعُدَ مَذْمُوْمًا مَّخْذُوْلًا ﴿٢٢﴾ ع

২৩। পুথোক্কনু খোয়ম লাই কনামতা অল্লাহগী মমান্নবা ওইনা (হে মীওইবশিং!) নত্তবদি নখোই ফম্ব্রেপ্না ফমগনি মরাল লৈরে হায়বিদুনা (অমসুং) লংশেকপিদুনা।

৩ শুবা রুকূ

وَقَضٰى رَبُّكَ اَلَّا تَعْبُدُوْٓا اِلَّآ اِيَّاهُ وَبِالْوَالِدَيْنِ اِحْسَانًا ۭ اِمَّا يَبْلُغَنَّ عِنْدَكَ الْكِبَرَ اَحَدُهُمَآ اَوْ كِلٰهُمَا فَلَا تَقُلْ لَّهُمَآ اُفٍّ وَّلَا تَنْهَرْهُمَا وَقُلْ لَّهُمَا قَوْلًا كَرِيْمًا ﴿٢٣﴾

২৪। নংগী মপুনা য়াথংনবিখ্রে ঃ নখোই বন্দগী তৌগনু কনামতবু নত্তনা মহাকপু অমসুং (থকশি খোয়ম লাই ওইনা) লূনা চান্না তৌ নপা নমাবু। মখোই অনিগী মরক্তা অমা নত্ত্রগা মখোই অনিমক অহল ওইরকলবা (অমসুং শোল্লব)দি নংগী নমাংদা, হায়গনু মখোইদা উশিত্তবা (নত্ত্রগা তুক্কচনিঙঙাই ওইবা) ৱাঙাঙ অমতা, নত্ত্রগা চৈ-থাংগনু মখোইবু, তৌইগুম্বসুং ঙাঙ-শকও মখোইদা য়াম্না ব্যবহার তৌনা।

وَاخْفِضْ لَهُمَا جَنَاحَ الذُّلِّ مِنَ الرَّحْمَةِ وَقُلْ رَّبِّ ارْحَمْهُمَا كَمَا رَبَّيٰنِيْ صَغِيْرًا ﴿٢٤﴾

২৫। অদুগা ফজবা শাজৎ চংলু মখোইদা, নুংশিবগা লোয়ননা অমসুং হায়য়ু ঃ "ঐগী মপুও! থৌজালবিয়ু মখোইবু, মখোইনা য়োকপিখিবগুম্না ঐবু নাৱা অপিশক ওইরিঙৈদা।"

رَبُّكُمْ اَعْلَمُ بِمَا فِيْ نُفُوْسِكُمْ ۭ اِنْ تَكُوْنُوْا صٰلِحِيْنَ فَاِنَّهٗ كَانَ لِلْاَوَّابِيْنَ غَفُوْرًا ﴿٢٥﴾

২৬। নখোইগী মপুনা মুন্না খঙই নখোইগী নপুকনিংশিংদা করি লৈবা। নখোইনা অচুম্বা খোঙফম্নরবদি, মহাক্তি তশেংবমক য়োনজ-কোকপিহৈবনি, মহাক্কী মায়কৈদা মপুকচেন হোংবশিংদা।

وَاٰتِ ذَا الْقُرْبٰى حَقَّهٗ وَالْمِسْكِيْنَ وَابْنَ السَّبِيْلِ وَلَا تُبَذِّرْ تَبْذِيْرًا ﴿٢٦﴾

২৭। অদুগা পীয়ু মরী থোকপা মীদা মহাক্কী ফংফম থোকপা শরুক (নখোইগী লন-থুমদা) অমসুং লাইরবদা অমসুং লংফৈ চৎপদা, অমসুং শুন্দোক্কনু(নেচাক নরন) চাং হেন্না খরচ তৌদুনা।

اِنَّ الْمُبَذِّرِيْنَ كَانُوْٓا اِخْوَانَ الشَّيٰطِيْنِ ۭ وَكَانَ

২৮। তশেংবমক খরচ তৌবদা চাং হেনবশিংদি

الشَّيْطٰنُ لِرَبِّهٖ كَفُوْرًا ﴿٢٧﴾

(অপঙ তাইবঙজাম্বা ওইবতা নত্তনা) মচিন মনাওশিংনি শৈতানগী। অদুগা শৈতানদি তৌবিমল খঙদে মহাক্কী মপুদা।

وَاِمَّا تُعْرِضَنَّ عَنْهُمُ ابْتِغَآءَ رَحْمَةٍ مِّنْ رَّبِّكَ تَرْجُوْهَا فَقُلْ لَّهُمْ قَوْلًا مَّيْسُوْرًا ﴿٢٨﴾

২৯। অদুগা নংনা নমায় ওনশন্দবা তারবদি মখোইদা নংগী মপুগী থৌজাল থিরিঙৈ (গী চৈনুং)দা মদুগীদমক নংনা (কন্না) আশা তৌজদুনা, (মতাং অদুদসু) ঙাঙ-শকও মখোইদা (থম্মোইগী) অথোৎপা রাহৈনা।

وَلَا تَجْعَلْ يَدَكَ مَغْلُوْلَةً اِلٰى عُنُقِكَ وَلَا تَبْسُطْهَا كُلَّ الْبَسْطِ فَتَقْعُدَ مَلُوْمًا مَّحْسُوْرًا ﴿٢٩﴾

৩০। অদুগা নঙকশমদা নখুৎ পুনশন্দুনা থমগনু নত্তগা তিংথোক্কনু মদু পাক্ল-শন্না, নত্তবদি (কায়থংদা) নং ফত্ত্রেপনা ফমগনি বদনাম চাদুনা নত্তগা অরৈবমখৈ লোয়না শীজন্নথোকখিদুনা।

اِنَّ رَبَّكَ يَبْسُطُ الرِّزْقَ لِمَنْ يَّشَآءُ وَيَقْدِرُ ۗ اِنَّهٗ كَانَ بِعِبَادِهٖ خَبِيْرًا بَصِيْرًا ﴿٣٠﴾

৩১। তশেংবমক নংগী মপুনা চাওথোকহনবি চিঙ্গাক মহাকনা চানবিবা (মতিকচাবা মনাই)-শিংগী অমসুং খজিক-খজিক্তা পীবি (মহাকনা লীকশন্নীংবগী)। থাঙ্গৈশেংবমক মহাক ইখঙ-খঙবনি মহাক্কী মনাইশিংগী (দরকার ওইবা অমসুং অরাৎপশিং) অমসুং উবনি (মখোইগী নুংঙাই-য়াইফবসু)।

৪ শুবা রুকূ

وَلَا تَقْتُلُوْٓا اَوْلَادَكُمْ خَشْيَةَ اِمْلَاقٍ ۗ نَحْنُ نَرْزُقُهُمْ وَاِيَّاكُمْ ۗ اِنَّ قَتْلَهُمْ كَانَ خِطْاً كَبِيْرًا ﴿٣١﴾

৩২। অদুগা হাৎকনু নখোইগী নচাশিং লাইর তানগনি হায়বগী কিদুনা। ঐখোইননি হল্লিবা চিঙ্গাক মখোইগী অমসুং নখোইগীসু। তশেংবমক মখোইবু হাৎপসে অচৌবা পাপনি।

وَلَا تَقْرَبُوا الزِّنٰٓى اِنَّهٗ كَانَ فَاحِشَةً ۗ وَسَآءَ سَبِيْلًا ﴿٣٢﴾

৩৩। অদুগা নকশল্লুগনু নুপী লান্নবগী মনাক্তা। তশেংবমক মসি লূদবা থবকনি অমসুং ফত্তবা লম্বীনি।

وَلَا تَقْتُلُوا النَّفْسَ الَّتِيْ حَرَّمَ اللّٰهُ اِلَّا بِالْحَقِّ ۗ وَمَنْ قُتِلَ مَظْلُوْمًا فَقَدْ جَعَلْنَا لِوَلِيِّهٖ سُلْطٰنًا فَلَا يُسْرِفْ

৩৪। অদুগা হাৎকনু থরাই কনামতবু মদু অন্নাহনা (হাৎহৈদে হায়না) থিংগুবদা অচুম্বা মরমগীদমক নত্তনা। কনাগুম্ববু লান্না হাৎলুরবদি, ঐখোইনা তশেংনমক পীবিখ্রে মহাক্কী রারিস (উত্তরাধিকারী)দা হক (ঈমল দাবী তৌনবগী

فِي الْقَتْلِ ۖ إِنَّهُ كَانَ مَنْصُورًا ۝٣٣

নত্তুগা মীহাৎপদু ঙাকপিনবগী), তৌইগুম্বসুং মহাকনা তৌরোইদবনি কা হেনবা থবক লেপখিবা পনখৈগী (-মী হাৎপা মী অদুবু হাৎনবগী); মরমদি মহাকপু তশেংনমক মতেং পী (লৈবাক্কী আইন্না)।

وَلَا تَقْرَبُوا مَالَ الْيَتِيمِ إِلَّا بِالَّتِي هِيَ أَحْسَنُ حَتَّىٰ يَبْلُغَ أَشُدَّهُ ۚ وَأَوْفُوا بِالْعَهْدِ ۖ إِنَّ الْعَهْدَ كَانَ مَسْئُولًا ۝٣٤

৩৫। অদুগা নাক চঙশনগনু পীতৎ-পাতৎপা মচাগী মাল সালদা, নত্তুনা অফবা থৌরাংগী, মহাকনা মপুংফানা চাওদ্রিবা ফাওবা; অমসুং পুরা তৌ করার (পুম্নমক), করিনা হায়ববু করার (খুদিং) ব্রা হংবিগনি।

وَأَوْفُوا الْكَيْلَ إِذَا كِلْتُمْ وَزِنُوا بِالْقِسْطَاسِ الْمُسْتَقِيمِ ۚ ذَٰلِكَ خَيْرٌ وَأَحْسَنُ تَأْوِيلًا ۝٣٥

৩৬। অদুগা পুরা নাপ তৌ নখোইনা নাপ তৌবদা, অমসুং খল ওনবদা চুম্না ওল্লু। মসিনা অফবনি অমসুং থাগৎনঙাই ওইবনি কায়থংদা।

وَلَا تَقْفُ مَا لَيْسَ لَكَ بِهِ عِلْمٌ ۚ إِنَّ السَّمْعَ وَالْبَصَرَ وَالْفُؤَادَ كُلُّ أُولَٰئِكَ كَانَ عَنْهُ مَسْئُولًا ۝٣٦

৩৭। অদুগা তুং ইনগনু নংনা জ্ঞান লৈতবা অদুগী মরমদা। থাঙ্গৈশেংবমক নাকোং অমসুং মিৎ অমসুং থম্মোই—পূম্নমকসি হিসাব লৌবিগনি।

وَلَا تَمْشِ فِي الْأَرْضِ مَرَحًا ۖ إِنَّكَ لَنْ تَخْرِقَ الْأَرْضَ وَلَنْ تَبْلُغَ الْجِبَالَ طُولًا ۝٣٧

৩৮। অদুগা চৎকনু মালেমথক্তা পোংথোক চাউথোক্কুনা, মরমদি নংনা ঙমলোই চেকখায়-হনবা পৃথি (লৈমায়) সি নত্তুগা ঙমলোই নংনা য়ৌবসু চীংজাওশিংগী ৱাংবা মৱাং।

كُلُّ ذَٰلِكَ كَانَ سَيِّئُهُ عِنْدَ رَبِّكَ مَكْرُوهًا ۝٣٨

৩৯। (অথিংবা) পুম্নমকসিগী ফত্তবদু (য়াম্না) তুক্কচনিঙঙাইনি নংগী মপুগী মিৎয়েংদা।

ذَٰلِكَ مِمَّا أَوْحَىٰ إِلَيْكَ رَبُّكَ مِنَ الْحِكْمَةِ ۗ وَلَا تَجْعَلْ مَعَ اللَّهِ إِلَٰهًا آخَرَ فَتُلْقَىٰ فِي جَهَنَّمَ مَلُومًا مَدْحُورًا ۝٣٩

৪০। মসি শরুক (অম)নি লৌশিংগী নংগী মপুনা ফোংদোকপিখিবা অদুগী নংঙোন্দা। অদুগা পুথোক্কনু অতৈ অতোপ্পা থোয়ম লাই অমতা নংগী মপুগা থবক-তিন্নবা ওইনা নত্তুবদি নংবু হুন্থবিখিনি নরকদা, দোশ তৌবিদুনা (অমসুং) য়াবিদদুনা।

أَفَأَصْفَاكُمْ رَبُّكُمْ بِالْبَنِينَ وَاتَّخَذَ مِنَ الْمَلَائِكَةِ

৪১। (হে ধর্ম্ম চত্তবশিং!) নখোইগী মপুনা ঈকাইখুম্নবিখিব্রা নখোইবু নচা পিবাশিং পীনবিদুনা অমসুং মহাক্কীদি লৌখিব্রা মচা নিঙোনশিং ফরিশতহশিংগী মরক্তুগী? তশেং-

إِنَّا ثًا ۭ اِنَّكُمْ لَتَقُوْلُوْنَ قَوْلًا عَظِيْمًا ۝٤٠

বমক নখোইনা ঙাঙই অৱাবগী মশক ওইবা ৱাঙাঙ অমা।

৫ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ صَرَّفْنَا فِيْ هٰذَا الْقُرْاٰنِ لِيَذَّكَّرُوْا ۭ وَمَا يَزِيْدُهُمْ اِلَّا نُفُوْرًا ۝٤١

৪২। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা শন্দোক্না তাকপিখ্রে (মীগী দরকার ওইবা বিষয়শিং) কুরআন অসিদা অদুনা মখোইনা পুকনিং ৱাখল তৌজনবা, তৌইগুম্বসুং মদুনা হেনগংহল্লি মখোইবু পামদবতা।

قُلْ لَّوْ كَانَ مَعَهٗٓ اٰلِهَةٌ كَمَا يَقُوْلُوْنَ اِذًا لَّابْتَغَوْا اِلٰى ذِي الْعَرْشِ سَبِيْلًا ۝٤٢

৪৩। হায়য়ু ঃ করিগুম্বা অতোপ্পা খোয়ম লাইশিং লৈরমলবদি (অল্লাহ) মহাক্কা লোয়ননা, (মূর্তি ঈরাৎপশিং) মখোইনা হায়বগুম্না, (লাইশিং) মখোইনা শোয়দনা ঙমলমগনি পুথোকপা লম্বী অমা (রা নোম্বিনবগী মখোইগীদমক্তা) কোইরেল ফম্বালগী মপুদা।

سُبْحٰنَهٗ وَتَعٰلٰى عَمَّا يَقُوْلُوْنَ عُلُوًّا كَبِيْرًا ۝٤٣

৪৪। অশেংবনি মহাক্তি অমসুং থাক য়াম্না ৱাংনা লৈখ্রবনি মখোইনা হায়জিল্লিবা অদুদগী।

تُسَبِّحُ لَهُ السَّمٰوٰتُ السَّبْعُ وَالْاَرْضُ وَمَنْ فِيْهِنَّ ۭ وَاِنْ مِّنْ شَيْءٍ اِلَّا يُسَبِّحُ بِحَمْدِهٖ وَلٰكِنْ لَّا تَفْقَهُوْنَ تَسْبِيْحَهُمْ ۭ اِنَّهٗ كَانَ حَلِيْمًا غَفُوْرًا ۝٤٤

৪৫। আসমান তরেৎ অমসুং পৃথিবী অমসুং মখোইদা লৈরিবা (জীব জন্তু) পুম্নমক্না থাগৎচৈ মহাক্কী মতিক মঙাল ঃ অমসুং করিগুম্বা পোৎ অমতা লৈতে মহাকপু থাগৎপগী শৈশক্তবা ; তৌইগুম্বসুং(মী) নখোইনা খঙদে মখোইগী লাইশোল। থাঙ্গৈশেংবমক মহাক্তি (মতম-পুম্বদা) খাংবিহৈবনি (অমসুং) য়োনজ-কোকপিহৈবনি।

وَاِذَا قَرَاْتَ الْقُرْاٰنَ جَعَلْنَا بَيْنَكَ وَبَيْنَ الَّذِيْنَ لَا يُؤْمِنُوْنَ بِالْاٰخِرَةِ حِجَابًا مَّسْتُوْرًا ۝٤٥

৪৬। অদুগা নংনা কুরআন থীথবদা, ঐখোইনা থম্মি নং অমসুং আখেরতবু থাজদবা মখোইদুগী মরক্তা অরোনবা পর্দা অমা।

وَّجَعَلْنَا عَلٰى قُلُوْبِهِمْ اَكِنَّةً اَنْ يَّفْقَهُوْهُ وَفِيْٓ اٰذَانِهِمْ وَقْرًا ۭ وَاِذَا ذَكَرْتَ رَبَّكَ فِي الْقُرْاٰنِ وَحْدَهٗ وَلَّوْا عَلٰٓي اَدْبَارِهِمْ نُفُوْرًا ۝٤٦

৪৭। অদুগা ঐখোইনা থম্বিখ্রে পর্দা অমা মখোইগী মথম্মোইশিংদা অমসুং পঙশনবা অমা মখোইগী মনাকোংশিংদা, অদুনা মখোইনা খঙদনবা মদু। অদুগা নংনা পনবা মতমদা কুরআন্দা নংগী মপুবু মথন্তা ওইনা, মখোইনা মতুং হন্দোকখি পামদদুনা।

৪৮। ঐখোইনা মুন্না খঙই করি অনীংবগা লোয়ননা মখোইনা তারিবা মখোইনা (মনা থাঙ্গত্তুনা) তাবা মতমদা নংঙোন্দা, অমসুং মখোই (মশেল পুল্লপ্না তিন্নদু)না অরোনবা য়া তান্নবা মতমদা, অরানবা লম্বীনবশিংনা হায়ঃ "নখোইনা তুং ইল্লি কনাসু নত্তবা লৌনম তৌবিখ্রবা মী অমগী।"

نَحْنُ أَعْلَمُ بِمَا يَسْتَمِعُونَ بِهِۦٓ إِذْ يَسْتَمِعُونَ إِلَيْكَ وَإِذْ هُمْ نَجْوَىٰٓ إِذْ يَقُولُ ٱلظَّـٰلِمُونَ إِن تَتَّبِعُونَ إِلَّا رَجُلًا مَّسْحُورًا ﴿٤٧﴾

৪৯। য়েংউ! করম্না মখোইনা পুখোকলিবা চাংদম্নবা য়াঙাঙ নংগীদমক! মরমদুনা মখোই লম্মুক্নখ্রে, অদুনা মখোই ফংবা ঙমদ্রে (অচুম্বা) লম্বীদু।

ٱنظُرْ كَيْفَ ضَرَبُوا۟ لَكَ ٱلْأَمْثَالَ فَضَلُّوا۟ فَلَا يَسْتَطِيعُونَ سَبِيلًا ﴿٤٨﴾

৫০। অদুগা মখোইনা হায়ঃ "করি! ঐখোইনা (শিদুনা) ওইখ্রবদা শরু-শয়াং অমসুং উফুল মকুপ-মকুপ, ঐখোইবু হিংগৎহনবিগদৌরিব্রা অনৌবা খুৎশেম অমা ওইনা?"

وَقَالُوٓا۟ أَءِذَا كُنَّا عِظَـٰمًا وَرُفَـٰتًا أَءِنَّا لَمَبْعُوثُونَ خَلْقًا جَدِيدًا ﴿٤٩﴾

৫১। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "(নখোই) ওইসনু নুং নত্ত্রগা য়োৎ"-

۞ قُلْ كُونُوا۟ حِجَارَةً أَوْ حَدِيدًا ﴿٥٠﴾

৫২। নত্ত্রগা করিগুম্বা অশাপোৎ মদু খ্বাইদগী হেন্না ওইথোক্লোইদবা (থরাই চঙহনবদা) নখোইগী পুকনিংদা, (অদু ফাওবদা নখোইবু শোয়দনমক হিংগৎহনবিগনি)। অদুনা মখোইনা হংগনিঃ "কনানা হনজনহনবিগনি ঐখোইবু (হান্নগী ফিবমদা)?" (নং) পাওখুম্মুঃ "নখোইবু অহানবদা শেম্বিখিবা মহাকনা।" মতমদুদা মখোইনা নীক্কনি মখোইগী মকোকশিং নংঙোন্দা (য়ানীংদবা উৎপগী) অমসুং হায়গনিঃ "করম্বা মতমদা থোক্কনি মদু?" নং হায়য়ুঃ "মদু নক্লবসু য়াই।"

أَوْ خَلْقًا مِّمَّا يَكْبُرُ فِى صُدُورِكُمْ ۚ فَسَيَقُولُونَ مَن يُعِيدُنَا ۖ قُلِ ٱلَّذِى فَطَرَكُمْ أَوَّلَ مَرَّةٍ ۚ فَسَيُنْغِضُونَ إِلَيْكَ رُءُوسَهُمْ وَيَقُولُونَ مَتَىٰ هُوَ ۖ قُلْ عَسَىٰٓ أَن يَكُونَ قَرِيبًا ﴿٥١﴾

৫৩। "কোরৌ নুমিৎ অদুদা মহাকনা কৌরক্কনি নখোইবু, মতমদুদা নখোইনা পাওখুমগনি থাগৎচদুনা মহাকপু অমসুং নখোইনা য়াখল তৌগনি মদুদি নখোই আলে-জালে তৌরম্মী (সংসারদা) মতম খরদং।

يَوْمَ يَدْعُوكُمْ فَتَسْتَجِيبُونَ بِحَمْدِهِۦ وَتَظُنُّونَ إِن لَّبِثْتُمْ إِلَّا قَلِيلًا ﴿٥٢﴾

৬ শুবা রুকূ

৫৪। অদুগা হায়যু ঐগী ইনাইশিংদা মদুদি মখোইনা ঙাঙ-শক্কদবনি থোইদোক্লা অফবতা (ধর্ম্ম চত্তবশিংদা)। তশেংবমক শৈতান্না থাজিল্লি মত তিন্নদবা মখোইগী মরক্তা। থাঙৈমকশেংনা শৈতানদি অফোংবা য়েক্লবনি মীওইবদা।

وَقُلْ لِّعِبَادِيْ يَقُوْلُوا الَّتِيْ هِيَ اَحْسَنُ ۭ اِنَّ الشَّيْطٰنَ يَنْزَغُ بَيْنَهُمْ ۭ اِنَّ الشَّيْطٰنَ كَانَ لِلْاِنْسَانِ عَدُوًّا مُّبِيْنًا ۝

৫৫। নখোইগী মপুনা মুন্না খঙই নখোইবু। মহাকনা ঙাকপিগনি নখোইবু, মহাকনা ঙাক-পিনীংলবদি, নত্তগা মহাকনা চৈরাক পীবিগনি নখোইবু, মহাকনা অৱাফম তাহন্নীংলবদি। অদুগা ঐখোইনা থাখিদে নংবু থৌবুবা ওইনা মখোইগী।

رَبُّكُمْ اَعْلَمُ بِكُمْ ۭ اِنْ يَّشَاْ يَرْحَمْكُمْ اَوْ اِنْ يَّشَاْ يُعَذِّبْكُمْ ۭ وَمَآ اَرْسَلْنٰكَ عَلَيْهِمْ وَكِيْلًا ۝

৫৬। অদুগা নংগী মপুনা মুন্না খঙই আসমান অমসুং পৃথিবীদা লৈবা পুম্নমকদু। অদুগা ঐখোইনা চাওহনবিখি (নংগুম্বা) নবী খরবু অতোপ্পগী মথক্তা, অমসুং দাউদদা ঐখোইনা পীখি কিতাব অমা।

وَرَبُّكَ اَعْلَمُ بِمَنْ فِي السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۭ وَلَقَدْ فَضَّلْنَا بَعْضَ النَّبِيّٖنَ عَلٰي بَعْضٍ وَّاٰتَيْنَا دَاوٗدَ زَبُوْرًا ۝

৫৭। হায়যু (মূর্তি ঈরাৎপশিংদা)ঃ কৌজৌ নখোইনা (খোয়ম লাইশিংনি) হায়জিনবদু (লাইনিংথৌ) মহাক নত্তনা; অদুগী মতমদা (নখোইনা খঙগনি মদুদি) মখোইগী শক্তি করিসু লৈতে লৌথোকপা ওম্বগী অৱা-অনং নখোইদগী নত্তগা (ওমদে মখোইনা) থৈদোকপা মদু।

قُلِ ادْعُوا الَّذِيْنَ زَعَمْتُمْ مِّنْ دُوْنِهٖ فَلَا يَمْلِكُوْنَ كَشْفَ الضُّرِّ عَنْكُمْ وَلَا تَحْوِيْلًا ۝

৫৮। মখোইনা (খাজং থৌনি তৌদুনা) কৌজরিবা মখোইদুনা থি চঙজনবগী পাম্বৈ মখোইগী (লৈশেম-নুংশেম্বা) মপুদা—মখোইগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না মনাক নকপশিংদু (মহাক্কী)— অমসুং মখোইনা আশা তৌজে মহাক্কী থৌজাল অমসুং কিজে মহাক্কী রায়েল-চৈরাক। তশেংবমক নংগী মপুগী রায়েল-চৈরাক্তি (থোইদোক্লা) কিনঙাইনি।

اُولٰۗىِٕكَ الَّذِيْنَ يَدْعُوْنَ يَبْتَغُوْنَ اِلٰى رَبِّهِمُ الْوَسِيْلَةَ اَيُّهُمْ اَقْرَبُ وَيَرْجُوْنَ رَحْمَتَهٗ وَيَخَافُوْنَ عَذَابَهٗ ۭ اِنَّ عَذَابَ رَبِّكَ كَانَ مَحْذُوْرًا ۝

৫৯। অদুগা করিগুম্বা শহর অমতা লৈতে ঐখোইনা মাঙহনবিরোইদবা মদু কিয়ামত

وَاِنْ مِّنْ قَرْيَةٍ اِلَّا نَحْنُ مُهْلِكُوْهَا قَبْلَ يَوْمِ الْقِيٰمَةِ

أَوْ مُعَذِّبُوهَا عَذَابًا شَدِيدًا ۚ كَانَ ذَٰلِكَ فِي الْكِتَابِ مَسْطُورًا ﴿٥٨﴾

নুমিৎকী মমাংদা নত্তগা থাবিরোইদবা মদুবু তমথীবা চৈরাক। মসি ইশ্রবনি (অল্লাহগী হোংবা নাইদ্রবা হুকুমশিং তাকপা) কিতাবদা।

وَمَا مَنَعَنَا أَنْ نُرْسِلَ بِالْآيَاتِ إِلَّا أَنْ كَذَّبَ بِهَا الْأَوَّلُونَ ۚ وَآتَيْنَا ثَمُودَ النَّاقَةَ مُبْصِرَةً فَظَلَمُوا بِهَا ۚ وَمَا نُرْسِلُ بِالْآيَاتِ إِلَّا تَخْوِيفًا ﴿٥٩﴾

৬০। অদুগা করিমতনা থিংবা ঙমদে ঐখোইবু খুদমশিং থারকপদা (মীশিংবু চেকশনহন্নবগী), তৌইগুম্বসুং মমাংঙেদা লৈরম্বা মীরোনশিংনা য়াখিদে মখোইবু। অদুগা ঐখোইনা পীখি সমূদ (কাঙলুপ)দা উট অমোমদু তশেংবা খুদম অমা ওইনা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা তৌবিখি অরানবা মঙোন্দা। অদুগা ঐখোইনা থাবিদে খুদমশিং চেকশনহন্নবগী নত্তনা।

وَإِذْ قُلْنَا لَكَ إِنَّ رَبَّكَ أَحَاطَ بِالنَّاسِ ۚ وَمَا جَعَلْنَا الرُّؤْيَا الَّتِي أَرَيْنَاكَ إِلَّا فِتْنَةً لِلنَّاسِ وَالشَّجَرَةَ الْمَلْعُونَةَ فِي الْقُرْآنِ ۚ وَنُخَوِّفُهُمْ فَمَا يَزِيدُهُمْ إِلَّا طُغْيَانًا كَبِيرًا ﴿٦٠﴾

৬১। অদুগা (নীংশিঙু মতমদু) ঐখোইনা হায়বিখি নংঙোন্দাঃ "তশেংবমক নংগী মপুনা (য়াথংনবিগ্রে) মাঙ-তাকহনবগী মীশিং (অসি)।" অদুগা ঐখোইনা ওইহনবিখিদে নংবু উহনম্বিখিবা মঙদু মীশিংগী চাং য়েংনবগী নত্তনা, অমসুং অসুম্না ওইখি উপাম্বী সিরাপ তৌবিখ্রবা অদুসু কুরআন্দা। ঐখোইনা (চপ্পবিখি) চেকশন্নবা হায়বিবদা মখোইবু, তৌইগুম্বসুং মদুনা হেনগৎহনবদা থোকখি মখোইবু কা হেন্দোকপদা।

৭ শুবা রুকূ

وَإِذْ قُلْنَا لِلْمَلَائِكَةِ اسْجُدُوا لِآدَمَ فَسَجَدُوا إِلَّا إِبْلِيسَ قَالَ أَأَسْجُدُ لِمَنْ خَلَقْتَ طِينًا ﴿٦١﴾

৬২। অদুগা (নীংশিঙু মতমদু) ঐখোইনা হায়বিখি ফরিশতহশিংদাঃ "নখোই চঙজৌ আদমদা," মখোই চঙজখি, ইবলিস নত্তনা। মহাকনা হায়খিঃ "ঐনা চঙজসিরা মঙোন্দা—মহাকপুদি নহাকনা শেম্বিখি লৈখোমদগী?"

قَالَ أَرَأَيْتَكَ هَٰذَا الَّذِي كَرَّمْتَ عَلَيَّ لَئِنْ أَخَّرْتَنِ إِلَىٰ يَوْمِ الْقِيَامَةِ لَأَحْتَنِكَنَّ ذُرِّيَّتَهُ إِلَّا قَلِيلًا ﴿٦٢﴾

৬৩। মহাকনা (মখা শমথদুনা) হায়খিঃ "নহাকনা করি খনবিরিবা? নহাকনা ঈকাইখুম্নবিগ্রে মহাকপু ঐগী ইথক থোংনা? নহাকনা মতম য়ৈথোকপিরবদি ঐবু কিয়ামত নুমিৎ ফাওবদা, (য়েংউ!) ঐনা শোয়দনমক পুরক্কনি মহাক্কী মচা-মশুশিংবু ঐগী দখলদা (মখোই) খরা নত্তনা।"

৬৪। অল্লাহনা হায়বিখিঃ "চৎথ্রো-চৎলো! মখোইগী মরক্তগী কনাগুম্বনা নংগী নতুং ইল্লবদি তশেংনমক নরকসে নখোইগী লমলনি—পুরা লমলনি।

قَالَ اذْهَبْ فَمَن تَبِعَكَ مِنْهُمْ فَإِنَّ جَهَنَّمَ جَزَاؤُكُمْ جَزَاءً مَّوْفُورًا

৬৫। "অদুগা মিহৌহল্লু মখোইগী মরক্তা কনাগুম্বা নংনা ঙম্ববু নংগী খোন্থোকনা অমসুং লাকশিল্লু মখোইবু নংগী শগোল তোংবা লান্মীশিংনা অমসুং খোঙ-লান্মী শিংনা, অমসুং মপু ওইমিল্লৌ মখোইগা লন-থুম (তানশিনবদা অমসুং খরচ তৌব)দা অমসুং নচাশিং (মরু হুনব)দা অমসুং (মীনম্বা) ৱাশকশিং পীয়ু মখোইদা।" তৌইগুম্বসুং শৈতান্না তৌদে ৱাশক মখোইদা লৌনম তৌবা নত্তনা।

وَاسْتَفْزِزْ مَنِ اسْتَطَعْتَ مِنْهُم بِصَوْتِكَ وَأَجْلِبْ عَلَيْهِم بِخَيْلِكَ وَرَجِلِكَ وَشَارِكْهُمْ فِي الْأَمْوَالِ وَالْأَوْلَادِ وَعِدْهُمْ ۚ وَمَا يَعِدُهُمُ الشَّيْطَانُ إِلَّا غُرُورًا

৬৬। (অল্লাহনা মখা তাথবিখিঃ) "তশেংবমক ঐগী ইনাইশিংবুদি; নংগী শক্তি করিসু লৈরোই মখোইগী মথক্তা। অদুগা নংগী মপুনা ওকলে ঙাক-শেনবিবা ওইবদা (মহাকপু চপচানা থাজবশিংগী)।

إِنَّ عِبَادِي لَيْسَ لَكَ عَلَيْهِمْ سُلْطَانٌ ۚ وَكَفَىٰ بِرَبِّكَ وَكِيلًا

৬৭। নখোইগী মপুদি মহাকনি—মহাকনা চৎহল্লি জহাজশিংবু সমুদ্রদা, অদুনা নখোইনা থিজনবা মহাক্কী থৌজাল। তশেংবমক, মহাক্তি মতম-পুম্বদা থৌজালবিহৈবনি নখোইদা।

رَّبُّكُمُ الَّذِي يُزْجِي لَكُمُ الْفُلْكَ فِي الْبَحْرِ لِتَبْتَغُوا مِن فَضْلِهِ ۚ إِنَّهُ كَانَ بِكُمْ رَحِيمًا

৬৮। অদুগা খুদোংচাদবা ফিবমনা লাঙ্গোয় চল্লবদা নখোইবু সমুদ্র (ঈপাক)দা, খোয়ম লাইশিং নখোইনা (নুংশিনা) কৌজরিবদু মাঙখি (অল্লাহ্) মহাক নত্তনা; তৌইগুম্বসুং মহাকনা পুবিরকলবদা নখোইবু খুদোংথীবা লৈতবা কংফান্দা, নখোইনা নীংঙাইদনা লৈথোকই; অমসুং মীদি মতম লৈবা খিবিক্তা তৌবিমল খঙদে।

وَإِذَا مَسَّكُمُ الضُّرُّ فِي الْبَحْرِ ضَلَّ مَن تَدْعُونَ إِلَّا إِيَّاهُ ۖ فَلَمَّا نَجَّاكُمْ إِلَى الْبَرِّ أَعْرَضْتُمْ ۚ وَكَانَ الْإِنسَانُ كَفُورًا

৬৯। নখোইবু অকি-অখং কোক্লত্ৰা মদুদি অল্লাহনা য়োৎশিনহনবিরোই নখোইবু কংফান (কাব)দা নত্ত্রগা থাবিরকলোই নখোইদা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমা (নয়োইবু মাঙহন্নবগী)

أَفَأَمِنتُمْ أَن يَخْسِفَ بِكُمْ جَانِبَ الْبَرِّ أَوْ يُرْسِلَ

عَلَيْكُمْ حَاصِبًا ثُمَّ لَا تَجِدُوا لَكُمْ وَكِيلًا ۝٦٩

অমসুং মতমদুদা নখোইনা ফংলোই নখোইবু ঙাকপিনবা কনামতা।

أَمْ أَمِنتُمْ أَن يُعِيدَكُمْ فِيهِ تَارَةً أُخْرَىٰ فَيُرْسِلَ عَلَيْكُمْ قَاصِفًا مِّنَ الرِّيحِ فَيُغْرِقَكُم بِمَا كَفَرْتُمْ ثُمَّ لَا تَجِدُوا لَكُمْ عَلَيْنَا بِهِ تَبِيعًا ۝٧٠

৭০। নত্তগা নখোই অকি-অখং কোক্লত্রা মদুদি অল্লাহনা পুবিরকলোই নখোইবু (সমুদ্র) অদুদা অমুকহন্না, অদুগী মতমদা থাবিরকলোই নখোইদা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমা লাকহৎপিনবা নখোইবু নখোইনা লমফে-খোঙফম্বাবা মরমগী? অদুগী মতমদা নখোইনা ফংলোই হাকন চঙবিনবা কনামতা ঐখোইগী মায়োক্তা।

وَلَقَدْ كَرَّمْنَا بَنِي آدَمَ وَحَمَلْنَاهُمْ فِي الْبَرِّ وَالْبَحْرِ وَرَزَقْنَاهُم مِّنَ الطَّيِّبَاتِ وَفَضَّلْنَاهُمْ عَلَىٰ كَثِيرٍ مِّمَّنْ خَلَقْنَا تَفْضِيلًا ۝٧١

৭১। তশেংবমক, ঐখোইনা ঈকাইখুম্নবিখ্রে আদমগী মচা-মগুশিংবু, অমসুং পুবিখ্রে মখোইবু কংফান অমসুং সমুদ্রদা, অমসুং পীবিখ্রে মখোইদা অশেংবা পোৎশিং অমসুং রাংনা থাংগৎপিখ্রে মখোইবু ঐখোইনা শেমখিবা খুৎশেম অয়াম্বগী মথক্তা।

৮ শুবা রুকূ

يَوْمَ نَدْعُوا كُلَّ أُنَاسٍ بِإِمَامِهِمْ ۖ فَمَنْ أُوتِيَ كِتَابَهُ بِيَمِينِهِ فَأُولَٰئِكَ يَقْرَءُونَ كِتَابَهُمْ وَلَا يُظْلَمُونَ فَتِيلًا ۝٧٢

৭২। (নীংশিঙউ) কোরৌ নোংজা অমদা ঐখোইনা সমন তৌবিগনি মী পুম্নমকপু মখোইগী ইমামগা লোয়নননা। অদুগী মতমদা কনাগুম্বা অমদা মহাক্কী (পুন্সিগী থবকশিং ইশিনবা) রিকোর্ড পীবিরবদা মখুৎ য়েৎথংবদা—অসিগুম্বা মীওইশিংনা পাগনি মখোইগী রিকোর্ড (হরাও-হরাওনা), অমসুং মখোইদা অরানবা তৌবিরোইশমলাং মফে অমা ফাওবা।

وَمَن كَانَ فِي هَٰذِهِ أَعْمَىٰ فَهُوَ فِي الْآخِرَةِ أَعْمَىٰ وَأَضَلُّ سَبِيلًا ۝٧٣

৭৩। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা (থম্মোইগী) লাইমিৎ তাংলবদি (সংসার) অসিদা মহাক মমিৎ তাংগনি আখেরতদসু অমসুং খ্বাইদগী হেন্না ফৈরেংনগনি (অচুম্বা) লম্বীদগী।

وَإِن كَادُوا لَيَفْتِنُونَكَ عَنِ الَّذِي أَوْحَيْنَا إِلَيْكَ

৭৪। অদুগা মখোইনা পামলম্মী নংবু তোকহনবা ঐখোইনা ফোংদোকপিখিবা (রাপাও) অদুদগী নংঙোন্দা (অপাম্বা কয়া থাজিন্দুনা), মদুদি নংনা পুথোক্কদবনি অতোপ্পা (ধর্ম্ম কথা) অমা ঐখোই (না তম্বিখিব) গী মায়োক্তা; অমসুং মদুমক

لِتَفْتَرِيَ عَلَيْنَا غَيْرَهُ ۖ وَإِذًا لَّاتَّخَذُوكَ خَلِيلًا ﴿٧٣﴾

(নংনা) তৌরমলবদি মখোইনা লৌরমগনি নংবু মখোইগী (চান্ন-থোইরবা) মরূপ অমা ওইনা।

وَلَوْلَا أَن ثَبَّتْنَاكَ لَقَدْ كِدتَّ تَرْكَنُ إِلَيْهِمْ شَيْئًا قَلِيلًا ﴿٧٤﴾

৭৫। অদুগা ঐখোইনা চেৎহন্নমম্রবদি নংগী (ধর্ম্ম) খোঙফম (কুরআনগী মপান্না), নং তশেংনমক য়ানীংলমগনি মখোইবু খজিক-থ্রাকদি।

إِذًا لَّأَذَقْنَاكَ ضِعْفَ الْحَيَاةِ وَضِعْفَ الْمَمَاتِ ثُمَّ لَا تَجِدُ لَكَ عَلَيْنَا نَصِيرًا ﴿٧٥﴾

৭৬। মদু (নংনা) তৌরমলবদি ঐখোইনা মহাউ তংহন্নমগনি নংবু (চৈরাক) পোংমা হিংলিঙৈদা অমসুং (চৈরাক) পোংমা শিরবা মতুংদা, মতমদুদা নংনা ফংলমলোই হাকন চঙবিনবা কনামতা ঐখোইগী মায়োক্তা (নংগী অরাবদু ঙাকথোক-পিনবা)।

وَإِن كَادُوا لَيَسْتَفِزُّونَكَ مِنَ الْأَرْضِ لِيُخْرِجُوكَ مِنْهَا ۖ وَإِذًا لَّا يَلْبَثُونَ خِلَافَكَ إِلَّا قَلِيلًا ﴿٧٦﴾

৭৭। অদুগা মখোইনা তশেংনমক হোংনরম্মী লৈহম্দনবগী নংবু (নযুম) লৈবাক্তা অদুনা মখোইনা তাল্থোক্নবগী নংবু মফম অদুদগী, তৌইগুম্বসুং মদু (করিগুম্বা) তৌরমলবদি মখোই লৈরমলোই নংগী নতুংদা মতম খরা নত্তনা।

سُنَّةَ مَن قَدْ أَرْسَلْنَا قَبْلَكَ مِن رُّسُلِنَا ۖ وَلَا تَجِدُ لِسُنَّتِنَا تَحْوِيلًا ﴿٧٧﴾

৭৮। (মসি ঐখোইগী) থৌদৌনি ঐখোইগী রসুলশিংগী ঐখোইনা থাখিবগী নংগী মমাংদা; অমসুং নংনা ফংলোই করিগুম্বা অহোংবা অমতা ঐখোইগী থৌদৌদা।

৯ শুবা রুকূ

أَقِمِ الصَّلَاةَ لِدُلُوكِ الشَّمْسِ إِلَىٰ غَسَقِ اللَّيْلِ وَقُرْآنَ الْفَجْرِ ۖ إِنَّ قُرْآنَ الْفَجْرِ كَانَ مَشْهُودًا ﴿٧٨﴾

৭৯। শোয়্নু নমাজ নুমিৎ চায়বদগী অহিং তাংলৌ ফাওবা অমসুং কুরআন থীথোও (নমাজদা) অয়ুক ঙন্বাদা। তশেংবমক কুরআন থীবসে অয়ুক ঙন্বাদা (থোইদোক্না) য়াবিনঙাই ওই (অল্লাহদা)।

وَمِنَ اللَّيْلِ فَتَهَجَّدْ بِهِ نَافِلَةً لَّكَ عَسَىٰ أَن يَبْعَثَكَ رَبُّكَ مَقَامًا مَّحْمُودًا ﴿٧٩﴾

৮০। অদুগা হৌগাৎলু মসিগীদমক অহিংগী (অকোনবা শরুক অমদা) নথৌ তৌফম থোকপদগী হেন্দোকপা ওইনা নংগীদমক্তা। মসি (নথৌনি খন্দুনা নংনা পাংথোকলবদি) ওইবসু য়াই নংগী মপুনা থাংগৎপিনবগী নংবু ঈকাই খুম্নবগী মফম অমদা।

৮১। অদুগা (নং) হায়য়ু ঃ "ঐগী মপুও! চঙহনবিয়ু ঐবু অচুম্বা লমজংদা অমসুং থোকহনবিয়ু ঐবু অচুম্বা লমথোকফমদা ; অমসুং পীবিয়ু নশামক্তগী শক্তি লৈবা মতেং।"

وَقُل رَّبِّ أَدْخِلْنِي مُدْخَلَ صِدْقٍ وَأَخْرِجْنِي مُخْرَجَ صِدْقٍ وَاجْعَل لِّي مِن لَّدُنكَ سُلْطَانًا نَّصِيرًا ﴿٨١﴾

৮২। হায়য়ু (অমুকসু) ঃ "অচুম্বদু (হৌজিক) লাকখ্রে অমসুং মীনমশোরিবমখৈ মাঙখ্রে। তশেংবমক মীনমশোরিবদি (মতম-পুম্বদা) মাঙনিঙঙাইনি।

وَقُلْ جَاءَ الْحَقُّ وَزَهَقَ الْبَاطِلُ ۚ إِنَّ الْبَاطِلَ كَانَ زَهُوقًا ﴿٨٢﴾

৮৩। অদুগা ঐখোইনা (তাংকক নাইনা) ফোংদোকপি কুরআন—মদু শিদ হীদাকনি (থরাইগী অনাবশিংগী) অমসুং থৌজ লনি ঈমানরালাশিংদা ; তৌইগুম্বসুং মসিনা হেনগৎহনবতা মথোকই অমাঙবা অরানবা লম্বীনবশিংদা।

وَنُنَزِّلُ مِنَ الْقُرْآنِ مَا هُوَ شِفَاءٌ وَرَحْمَةٌ لِّلْمُؤْمِنِينَ ۙ وَلَا يَزِيدُ الظَّالِمِينَ إِلَّا خَسَارًا ﴿٨٢﴾

৮৪। অদুগা ঐখোইনা থৌজাল পীবদা তাইবঙ মীদা, মহাক মমায় ওন্থোকই অমসুং হন্দোকখি নাকল্লোমদা ; তৌইগুম্বসুং ফত্তবনা লাঙ্গোয় চল্লবদা মহাকপু, মহাক আশা মাঙই।

وَإِذَا أَنْعَمْنَا عَلَى الْإِنسَانِ أَعْرَضَ وَنَأَىٰ بِجَانِبِهِ ۖ وَإِذَا مَسَّهُ الشَّرُّ كَانَ يَئُوسًا ﴿٨٣﴾

৮৫। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "মী খুদিংনা থবক তৌই মাগী-মাগী লম্নাই ওইবা লোনচৎকী মতুংইন্না তৌইগুম্বসুং নখোইগী মপুনা মুন্না খঙই কনা না খ্বাইদগী হেন্না ইনবা (অমসুং ইন্দবা) অচুম্বা লম্বী।

قُلْ كُلٌّ يَعْمَلُ عَلَىٰ شَاكِلَتِهِ فَرَبُّكُمْ أَعْلَمُ بِمَنْ هُوَ أَهْدَىٰ سَبِيلًا ﴿٨٤﴾ ع

১০ শুবা রুকূ

৮৬। অদুগা মখোইনা রা হংই নংঙোন্দা থরাইগী (নত্তগা স্বর্গগী রা ফোংদোকপগী) মরমদা। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "থরাই (নত্তগা স্বর্গগী রা ফোংদোকপ)দি লৈ ঐগী মপুগী হুকুমদা ; অমসুং মদুগী মরমদা মখোইদা পীখি জ্ঞান খজিক্তা।"

وَيَسْأَلُونَكَ عَنِ الرُّوحِ ۖ قُلِ الرُّوحُ مِنْ أَمْرِ رَبِّي وَمَا أُوتِيتُم مِّنَ الْعِلْمِ إِلَّا قَلِيلًا ﴿٨٥﴾

৮৭। অদুগা ঐখোইনা পামলবদি, ঐখোইনা শোয়দনমক লৌথোকলমগনি ঐখোইনা ফোংদোকপিখিবা অদু নংঙোন্দা, অদুগী মতমদা নংনা

وَلَئِن شِئْنَا لَنَذْهَبَنَّ بِالَّذِي أَوْحَيْنَا إِلَيْكَ ثُمَّ

ফংলমলোই কনামতা কনখৎপিনবা নংগীদমক ঐখোইগী মায়োক্তা (মসিগী মরমদা),—

لَا تَجِدُ لَكَ بِهِ عَلَيْنَا وَكِيلًا ﴿٨٦﴾

৮৮। তৌইগুম্বসুং মসি থৌজালনি নংগী মপুগী মায়কৈদগী। তশেংবমক, মহাক্কী থৌজালদি নংগী নথক্তা মতম-পুম্বদা চাওবনি।

إِلَّا رَحْمَةً مِّن رَّبِّكَ إِنَّ فَضْلَهُ كَانَ عَلَيْكَ كَبِيرًا ﴿٨٧﴾

৮৯। হায়য়ু ঃ মীওইবা জাতি অমসুং জিন-পুল্লপ্পা তিন্নরবসু পুথোক্লবগী কুরআন অসিগা মান্নবা (কিতাব) অমা, মখোইনা ঙমখিদ্রে পুথোকপা মদুগা মান্নবা অমতা, মখোই অমগা অমগা তেংবাংনখ্রবা ফাওবদা।"

قُل لَّئِنِ اجْتَمَعَتِ الْإِنسُ وَالْجِنُّ عَلَىٰ أَن يَأْتُوا بِمِثْلِ هَٰذَا الْقُرْآنِ لَا يَأْتُونَ بِمِثْلِهِ وَلَوْ كَانَ بَعْضُهُمْ لِبَعْضٍ ظَهِيرًا ﴿٨٨﴾

৯০। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা পুথোকপিখ্রে তোঙান-তোঙানরা থৌওংশিংদা মীওইবশিংগী (ভাব তানবগী) দমক্তা কুরআন অসিদা মান্নবা মতৌশিং উৎপা পান্দম মখল পুম্নমক, তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা য়াদে পোৎ খুদিংমক মদুগী মরমদা থাজদবা নত্তনা।

وَلَقَدْ صَرَّفْنَا لِلنَّاسِ فِي هَٰذَا الْقُرْآنِ مِن كُلِّ مَثَلٍ فَأَبَىٰ أَكْثَرُ النَّاسِ إِلَّا كُفُورًا ﴿٨٩﴾

৯১। অদুগা মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইনা (কদৌনুংদসু) থাজরোই নংঙোন্দা নংনা রা লাউনা হাদোকহন্দ্রবদি ঈফুৎ অমা ঐখোইগীদমক্তা লৈনুংদগী।

وَقَالُوا لَن نُّؤْمِنَ لَكَ حَتَّىٰ تَفْجُرَ لَنَا مِنَ الْأَرْضِ يَنبُوعًا ﴿٩٠﴾

৯২। "নত্রগা নংনা লৈতরবদি হৈকোন অমা খজুরগী অমসুং অঙ্গুরগী, অমসুং চেলহন্দ্রবদি ঈশিং খোংশিং মদুগী মরক্তা রা লাউনা হাদোকহন্দুনা।

أَوْ تَكُونَ لَكَ جَنَّةٌ مِّن نَّخِيلٍ وَعِنَبٍ فَتُفَجِّرَ الْأَنْهَارَ خِلَالَهَا تَفْجِيرًا ﴿٩١﴾

৯৩। "নত্রগা নংনা আসমান মচেৎ-মচেৎ নীংথায়হন্দুনা কীথহন্দ্রবদি ঐখোইগী ইথক্তা, নংনা হায়খিবগুম্না, নত্রগা নংনা পুরক্রবদি অল্লাহ অমসুং ফরিশতহশিংবু ঐখোইগা মায়োক্লনা।

أَوْ تُسْقِطَ السَّمَاءَ كَمَا زَعَمْتَ عَلَيْنَا كِسَفًا أَوْ تَأْتِيَ بِاللَّهِ وَالْمَلَائِكَةِ قَبِيلًا ﴿٩٢﴾

৯৪। "নত্রগা নংগী লৈতরবদি সনাগী য়ুম অমা নত্রগা নংনা কাখত্তরবদি আসমান্দাঃ অমসুং ঐখোইনা (কদৌনুংদসু) থাজবিরোই নংনা

أَوْ يَكُونَ لَكَ بَيْتٌ مِّن زُخْرُفٍ أَوْ تَرْقَىٰ فِي السَّمَاءِ وَلَن نُّؤْمِنَ لِرُقِيِّكَ حَتَّىٰ تُنَزِّلَ عَلَيْنَا كِتَابًا نَّقْرَؤُهُ

কাখৎথ্রবসু নংনা থারক্তরিবা ফাওবা কিতাব অমা ঐখোইনা পাবা ঙম্বা।" (নং) হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "অশেংবনি ঐগী মপুদি ! ঐসে করিসু নত্তে তাইবঙ মীনি, (থাদিরকখিবনি) রসুল (অমা ওইনা)"

ع قُلْ سُبْحَانَ رَبِّيْ هَلْ كُنْتُ اِلَّا بَشَرًا رَّسُوْلًا ﴿٩٣﴾

১১ শুবা রুকূ

৯৫। অদুগা অথিংবা করিসু লৈতে মীনা অচুম্বা থাজবদা লমজিং লাকখ্রবদা মখোইদা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা হায়ঃ "অল্লাহনা থাদিরকখ্রবা মী অমবু রসুল ওইনা ?"

وَمَا مَنَعَ النَّاسَ اَنْ يُّؤْمِنُوْٓا اِذْ جَآءَهُمُ الْهُدٰٓى اِلَّآ اَنْ قَالُوْٓا اَبَعَثَ اللّٰهُ بَشَرًا رَّسُوْلًا ﴿٩٤﴾

৯৬। হায়য়ু ঃ (মখোইদা)ঃ "মালেমথক্তা ফরিশতহশিং (লৈরমদুনা) কোয়না চৎথোক-লমলবদি খুদোংথীবা লৈতনা, ঐখোইনা শোয়দনমক থাদিরমগনি মখোইদা আসমান্দগী ফরিশতহ অমা রসুল ওইনা।"

قُلْ لَّوْ كَانَ فِي الْاَرْضِ مَلٰٓئِكَةٌ يَّمْشُوْنَ مُطْمَئِنِّيْنَ لَنَزَّلْنَا عَلَيْهِمْ مِّنَ السَّمَآءِ مَلَكًا رَّسُوْلًا ﴿٩٥﴾

৯৭। হায়য়ু ঃ "অল্লাহনা ওকলে সাক্ষী অমা ওইবদা ঐ অমসুং নখোইগী মরক্তা। তশেংবমক মহাক্তি (মতম-পুম্বদা) ইখঙ-খঙবনি (অমসুং) ইউ-উবনি মহাক্কী মনাইশিংবু।

قُلْ كَفٰى بِاللّٰهِ شَهِيْدًا بَيْنِيْ وَبَيْنَكُمْ ۭ اِنَّهٗ كَانَ بِعِبَادِهٖ خَبِيْرًا بَصِيْرًا ﴿٩٦﴾

৯৮। অদুগা অল্লাহনা লমজিংবিবা মহাকদু, মহাক ফংলবনি (অচুম্বা) লমজিং; তৌইগুম্বসুং মহাকনা লম্মুক্কহনবিখ্রবা মখোইদু, নংনা ফংলরোই মখোইগীদমক্তা তেংবাংবিনবা কনামতা মহাক নত্তনা। অদুগা শিবদগী অমুকহন্না হিংগৎহনবিগদৌবা নুমিত্তা ঐখোইনা পুন্নপুন্না খোমজনবিগনি মখোই (লমহেনবশিং)বু — মমায়শিং উপ্না, মমিৎ তাংহন্দুনা অমসুং মরোল থোকহন্দদুনা অমসুং মনা পঙহনবিদুনা। মখোইগী য়াতুংফমদি নরকনি। (মাগী মৈচাক) হৎথরকপা মতম খুদিংদা ঐখোইনা হেন্না চাকহ্নবিগনি মাগী মৈরিদু।

وَمَنْ يَّهْدِ اللّٰهُ فَهُوَ الْمُهْتَدِ ۚ وَمَنْ يُّضْلِلْ فَلَنْ تَجِدَ لَهُمْ اَوْلِيَآءَ مِنْ دُوْنِهٖ ۭ وَنَحْشُرُهُمْ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ عَلٰي وُجُوْهِهِمْ عُمْيًا وَّبُكْمًا وَّصُمًّا ۭ مَاْوٰىهُمْ جَهَنَّمُ ۭ كُلَّمَا خَبَتْ زِدْنٰهُمْ سَعِيْرًا ﴿٩٧﴾

৯৯। মসি মখোইগী (মতিক ওকপা) লমলনি, মরমদি মখোইনা য়াখিদে ঐখোইগী পাওজেনশিংবু

ذٰلِكَ جَزَاۗؤُهُمْ بِاَنَّهُمْ كَفَرُوْا بِاٰيٰتِنَا وَقَالُوْٓا ءَاِذَا

كُنَّا عِظَامًا وَّرُفَاتًا ءَاِنَّا لَمَبْعُوْثُوْنَ خَلْقًا جَدِيْدًا ﴿٩٩﴾

অমসুং হায়খিঃ "করি! (ঐখোইনা শিদুনা) ওইখ্রবদা শরূ-শয়াং অমসুং মচেৎ-মচেৎ তাহনবিখ্রবদা, ঐখোইবু তশেংনমক হিংগৎ-হনবিগদৌরিব্রা অনৌবা খুৎশেম অমা ওইনা ?"

اَوَلَمْ يَرَوْا اَنَّ اللّٰهَ الَّذِيْ خَلَقَ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضَ قَادِرٌ عَلٰٓى اَنْ يَّخْلُقَ مِثْلَهُمْ وَجَعَلَ لَهُمْ اَجَلًا لَّا رَيْبَ فِيْهِ ۚ فَاَبَى الظّٰلِمُوْنَ اِلَّا كُفُوْرًا ﴿١٠٠﴾

১০০। উদব্রা মখোইবু আসমান অমসুং পৃথিবী লৈশেম-নুংশেমবিখিবা অল্লাহনা ঙম্মি শেম-শাবা মখোইগুম্বা ? অদুগা মহাকনা লেপ্পিখ্রে মখোইগী-দমক্তা অকক্লবা মতম অমা, মদুগী মরমদা চিংনমিঙঙাই করিসু লৈতে। তৌইগুম্বসুং অরানবা লম্বীনবশিংনা য়াদে করিমতা থাজদবা নত্তুনা।

قُلْ لَّوْ اَنْتُمْ تَمْلِكُوْنَ خَزَآئِنَ رَحْمَةِ رَبِّيْٓ اِذًا لَّاَمْسَكْتُمْ خَشْيَةَ الْاِنْفَاقِ ۚ وَكَانَ الْاِنْسَانُ قَتُوْرًا ﴿١٠١﴾

১০১। হায়য়ুঃ "করিগুম্বা নখোইনা মপু ওইরমলবদি ঐগী মপুগী থৌজালগী পুক্কেগী, নখোইনা শোয়দনমক থিংলমগনি মদু খরচ তৌবা কিদুনা, মরমদি মীদি (মতম লৈবা খিবিক্তা) অরীকপা কুপশুনি।

১২ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ اٰتَيْنَا مُوْسٰى تِسْعَ اٰيٰتٍۭ بَيِّنٰتٍ فَسْـَٔلْ بَنِيْٓ اِسْرَآءِيْلَ اِذْ جَآءَهُمْ فَقَالَ لَهٗ فِرْعَوْنُ اِنِّيْ لَاَظُنُّكَ يٰمُوْسٰى مَسْحُوْرًا ﴿١٠٢﴾

১০২। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা পীখি মুসাদা তশেং-তশেংবা খুদম মাপন। মরমদুনা হংঙু ইস্রাঈল মচাশিংদা (মসিগী মরমদা)। মহাকনা লাকখিবদা মখোইদা, ফিরঔন্না হায়খি মঙোন্দাঃ "তশেংবমক ঐনা খল্লি নংসে, হে মুসা! লৌনম তৌবিখ্রবা মীনি হায়না।"

قَالَ لَقَدْ عَلِمْتَ مَآ اَنْزَلَ هٰٓؤُلَآءِ اِلَّا رَبُّ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ بَصَآئِرَ ۚ وَاِنِّيْ لَاَظُنُّكَ يٰفِرْعَوْنُ مَثْبُوْرًا ﴿١٠٣﴾

১০৩। মহাকনা হায়খিঃ "অচুম্বমক নংনা খঙই মদুদি কনানসু থাবিরক্তে (খুদম) পুম্নমকসি আসমান অমসুং পৃথিবীগী মপু নত্তুনা (থম্মোই লাইমিৎ পাংহন্নবা অপঙজাওবশিংগী) তশেংনা উরবা খুদমশিং ওইনা ; অমসুং ঐনা তশেংনমক খল্লি নংসে, হে ফিরঔন! মাঙলো হায়না নোংদমখ্রবামাক্লে (নংনা নাপল-মিত্তাংনবগী অল্লাহগী খুদমশিং উনা-উনা)।

فَاَرَادَ اَنْ يَّسْتَفِزَّهُمْ مِّنَ الْاَرْضِ فَاَغْرَقْنٰهُ وَمَنْ

১০৪। মরম অদুনা ফিরঔন্না পামলম্মী তাথোকপা মখোইবু লম অদুদগী, অদুনা

فَمَعَهُ جَمِيعًا ﴿١٠٣﴾

ঐখোইনা ঈরাক্লুহনবিখি মহাকপু অমসুং মহাক্কা লোয়নখিবশিংবু, পুল্লপ-পুন্না (সমুদ্রগী ঈশিং ঈপাক অচৌবদা)।

وَقُلْنَا مِنْ بَعْدِهِ لِبَنِي إِسْرَائِيلَ اسْكُنُوا الْأَرْضَ فَإِذَا جَاءَ وَعْدُ الْآخِرَةِ جِئْنَا بِكُمْ لَفِيفًا ﴿١٠٤﴾

১০৫। অদুগা মহাক্কী মতুংদা ঐখোইনা হায়বিখি ইস্রাঈল মচাশিংদা: নখোই য়ুম তাদুনা লৈয়ু (রাশকপিখিবা) লমদা, তৌইগুম্বসুং অকোনবা (পোল্লোই)গী রাশক থুংনবগী মতম লাকপদা, ঐখোইনা পুনশনবিগনি নখোইবু পুল্লপ্পা (তোঙান-তোঙানবা জাতিশিংগী মরক্তগী চিংথোক্তুনা)।

وَبِالْحَقِّ أَنْزَلْنَاهُ وَبِالْحَقِّ نَزَلَ وَمَا أَرْسَلْنَاكَ إِلَّا مُبَشِّرًا وَنَذِيرًا ﴿١٠٥﴾

১০৬। অদুগা অচুম্বগা লোয়নননা ঐখোইনা থাবিখি (কুরআন) অদু অমসুং অচুম্বগা লোয়নননা লাকখি মদু। অদুগা ঐখোইনা থাখিদে নংবু নত্তনা হরাওবা পাও পুবা অমা ওইনা অমসুং চেকশন-রা হায়বা অমা ওইনা।

وَقُرْآنًا فَرَقْنَاهُ لِتَقْرَأَهُ عَلَى النَّاسِ عَلَىٰ مُكْثٍ وَنَزَّلْنَاهُ تَنْزِيلًا ﴿١٠٦﴾

১০৭। অদুগা কুরআনসে ঐখোইনা খায়দোক-পিখি মচেৎ-মচেৎ থোক্লা অদুনা নংনা থীথদুনা তাহন্নবা মীশিংদা তহা-তহাদনা অমসুং তপ্পা-তপ্পা (-রাইহেগী খোংথোক চাং নাইনা), অমসুং ঐখোইনা থাবিখি মসিবু মচিৎ-মচিৎ ওইনা।

قُلْ آمِنُوا بِهِ أَوْ لَا تُؤْمِنُوا إِنَّ الَّذِينَ أُوتُوا الْعِلْمَ مِنْ قَبْلِهِ إِذَا يُتْلَىٰ عَلَيْهِمْ يَخِرُّونَ لِلْأَذْقَانِ سُجَّدًا ﴿١٠٧﴾

১০৮। হায়য়ু: "নখোইনা থাজবা য়াই মদু নত্তগা থাজদবসু য়াই। তশেংবমক অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইদা পীবিখ্রবা (ধর্ম্ম শাস্ত্রগী) জ্ঞান মদু (ফোংদোক্তরিঙৈ)গী মমাংদা, মখোইদা মদু থীথদুনা তাহনবদা, মখোইনা তৌই সজদহ মমায়শিং লুকথদুনা."

وَيَقُولُونَ سُبْحَانَ رَبِّنَا إِنْ كَانَ وَعْدُ رَبِّنَا لَمَفْعُولًا ﴿١٠٨﴾

১০৯। অমসুং হায়য়ু: "অশেংবনি ঐখোইগী মপুদি! তশেংবমক ঐখোইগী মপুগী রাশক পুরা তৌবা তাই।"

وَيَخِرُّونَ لِلْأَذْقَانِ يَبْكُونَ وَيَزِيدُهُمْ خُشُوعًا ﴿١٠٩﴾ السجدة

১১০। অদুগা মখোইনা লুকথৈ চেংলৌ মমায়শিং (সজদহ তৌবদা) মিৎলুদা পি চদুম-চদুম শীথদুনা, অমসুং মদুনা হেনগৎহল্লি নোম্লুকপা মখোইদা।

সজদহ

قُلِ ادْعُوا اللَّهَ أَوِ ادْعُوا الرَّحْمَٰنَ أَيًّا مَا تَدْعُوا فَلَهُ الْأَسْمَاءُ الْحُسْنَىٰ وَلَا تَجْهَرْ بِصَلَاتِكَ وَلَا تُخَافِتْ بِهَا وَابْتَغِ بَيْنَ ذَٰلِكَ سَبِيلًا ﴿١١١﴾

১১১। হায়য়ু ঃ "কৌজৌ অল্লাহনু নত্তগা কৌজৌ রহমানবু। করম্বনো (মমিং) অমনা নাখোই কৌজৌ মহাকপু মহাক্কীদি খ্বাইদগী হেন্না ফজখ্রবা মমিং-শিংনি।" অদুগা খোল য়াম্না লাউনা শোলগনু নংগী নমাজ তৌবদা নত্তগা শোলগনু তুমিন-তুমিন্না (মরমদি খোইজংবা ঙনলোই নমাজদা), তৌই গুব্বসুং থিয়ু লম্বী অমা অনিগী মরক্তা (য়াম্নাসু লাউদবা য়াম্নাসু নেমদবা খোঞ্জেলনা)।

وَقُلِ الْحَمْدُ لِلَّهِ الَّذِي لَمْ يَتَّخِذْ وَلَدًا وَلَمْ يَكُنْ لَهُ شَرِيكٌ فِي الْمُلْكِ وَلَمْ يَكُنْ لَهُ وَلِيٌّ مِنَ الذُّلِّ وَكَبِّرْهُ تَكْبِيرًا ﴿١١٢﴾

১১২। অদুগা হায়য়ু ঃ "থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহনুনি! মহাকনা পোক্কে মচানিপা কনামত্তা, অমসুং লৈতে মহাক্কা মশরুক য়ামিন্নবসু মহাক্কী লিংথৌ লৈবাক্তা, নত্তগা লৈতে মহাক্কী তেংবাংবা কনামত্তা (মহাক্কী) পাঙ্গল-শোননগী মরম্দা।" অদুগা শক-শোন্নু (মহাক্কী) নতিক অচৌবা থাগৎপগী লাইশোল।



## سُورَةُ الْكَهْفِ مَكِّيَّةٌ



**অল-কহফ** **সূরহ ১৮**

### (হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ১১১নি)

১ ননা রুকূ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈনা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহবুনি, মহাকনা থানিরকখি কিতাবদু মহাক্কী মনাই নিপাদা, অমসুং মহাকনা য়াওহনবিদে শেরান-তুরানবা করিমতা মদুগী মনুংদা।

اَلْحَمْدُ لِلّٰهِ الَّذِيْٓ اَنْزَلَ عَلٰى عَبْدِهِ الْكِتٰبَ وَلَمْ يَجْعَلْ لَّهٗ عِوَجًا ②

৩। (মহাকনা ওইহল্লি মসিবু) ঙাক-শেনবিবা, অদুনা মসিনা চেকশনহন্নবা (মীওইবশিংবু) তমথীবা রায়েন-চৈরাক মহাক্কী মায়কৈদগী অমসুং হরাওনা পাও পীননা অচুম্বা থাজবশিং অফনা থনকশিং লম্বীননা মদুদি মখোই ফংগনি অফনা মনা-মথিন,

قَيِّمًا لِّيُنْذِرَ بَأْسًا شَدِيْدًا مِّنْ لَّدُنْهُ وَيُبَشِّرَ الْمُؤْمِنِيْنَ الَّذِيْنَ يَعْمَلُوْنَ الصّٰلِحٰتِ اَنَّ لَهُمْ اَجْرًا حَسَنًا ③

৪। মখোই লৈগনি মদুগী মনুংদা মতম-পুম্বদা;

مَّاكِثِيْنَ فِيْهِ اَبَدًا ④

৫। অমসুং মসিনা চেকশনহন্নবা মখোইদুবু — মখোইনা হায়ঃ "অল্লাহনা লৌখ্রে মচা নিপা অমা।"

وَّيُنْذِرَ الَّذِيْنَ قَالُوا اتَّخَذَ اللّٰهُ وَلَدًا ⑤

৬। জ্ঞান করিসু লৈতে মখোই মদুগী, নত্তগা লৈখিদে মখোইগী মপা-মপুশিংসু। য়াম্না তুক্কচনিঙঙাই ওইনা রাহৈনি মখোইগী মচীন-শিংদগী থোকলিবদু। মখোই ঙাঙদে করিমতা মীনম্বা নত্তনা।

مَا لَهُمْ بِهٖ مِنْ عِلْمٍ وَّلَا لِاٰبَآئِهِمْ ۗ كَبُرَتْ كَلِمَةً تَخْرُجُ مِنْ اَفْوَاهِهِمْ ۗ اِنْ يَّقُوْلُوْنَ اِلَّا كَذِبًا ⑥

৭। মরম অদুনা নং শিনীংবা য়াই অরানা চাদুনা মখোইগী মতুংদা, মখোইনা থাজদ্রবদি ঙাওলিবা অসিদা।

فَلَعَلَّكَ بَاخِعٌ نَّفْسَكَ عَلٰٓى اٰثَارِهِمْ اِنْ لَّمْ يُؤْمِنُوْا بِهٰذَا الْحَدِيْثِ اَسَفًا ⑦

৮। থাঙ্গৈশেংবমক, ঐখোইনা শেম্বিখ্রে মালে-মথক্তা লৈবা-পুম্বা মাগী লৈতেং ওইনা, অদুনা

اِنَّا جَعَلْنَا مَا عَلَى الْاَرْضِ زِيْنَةً لَّهَا لِنَبْلُوَهُمْ

أَيُّهُمْ أَحْسَنُ عَمَلًا ⑧

ঐখোইনা চাং য়েংনবা মখোই কনানা খ্বাইদগী হেন্না ফবা লীচত্তা।

وَإِنَّا لَجٰعِلُوْنَ مَا عَلَيْهَا صَعِيْدًا جُرُزًا ⑨

৯। অদুগা ঐখোইনা শোয়দনমক ওইহনগনি মদুগী মথক্তা লৈবা (শহর) খুদিং ইকোক-কোকপা লৈপাক)-মহৈ-মরোং থোক্ত্রবা)।

اَمْ حَسِبْتَ اَنَّ اَصْحٰبَ الْكَهْفِ وَالرَّقِيْمِ كَانُوْا مِنْ اٰيٰتِنَا عَجَبًا ⑩

১০। নত্ত্রগা নংনা খনব্রা শুরুংদা লৈরম্বা অমসুং মপাক্তা ইবা মীশিং ওইখি অঙকপা অমা ঐখোইগী খুদমশিংগী মরক্তা ?

اِذْ اَوَى الْفِتْيَةُ اِلَى الْكَهْفِ فَقَالُوْا رَبَّنَآ اٰتِنَا مِنْ لَّدُنْكَ رَحْمَةً وَّهَيِّئْ لَنَا مِنْ اَمْرِنَا رَشَدًا ⑪

১১। (নীংশিঙভু ! ধর্ম্ম শকপান্নবা) নহা খরনা চঙজফম থিখিবদা শুরুংদা, মখোইনা হায়খি: "ঐখোইগী মপুও ! পীনবিয়ু ঐখোইদা ভাকপিবা নহাক্কী মায়কৈদগী অমসুং থৌরাং তৌবিয়ু ঐখোইগীদমক্তা।"

فَضَرَبْنَا عَلٰٓى اٰذَانِهِمْ فِى الْكَهْفِ سِنِيْنَ عَدَدًا ⑫

১২। মরমদুনা ঐখোইনা মোহর নমবিখি মখোইগী মনাকোংশিং লৈখুন্দা (লৈহনবিদুনা) চহি মশিং খরা।

ثُمَّ بَعَثْنٰهُمْ لِنَعْلَمَ اَيُّ الْحِزْبَيْنِ اَحْصٰى لِمَا لَبِثُوْٓا اَمَدًا ⑬ ع

১৩। অদুগী তুংদা ঐখোইনা থাঙ্গৎপিখি মখোইবু (লৈখুন্দগী) অদুগা ঐখোইনা খঙবা য়াগদ্রা হায়না মখোই খুৎপু অনি (ওৎলিবশিং অমসুং ওৎপিত্র-বশিং) অদুগী মরক্তা কনানা হেন্না হিসাব পাবা ঙম্বা মতম কয়া (কুইনা) মখোই লৈরমখিবা (ফিবম অদুদা)

২ শুবা রুকূ

نَحْنُ نَقُصُّ عَلَيْكَ نَبَاَهُمْ بِالْحَقِّ اِنَّهُمْ فِتْيَةٌ اٰمَنُوْا بِرَبِّهِمْ وَزِدْنٰهُمْ هُدًى ⑭

১৪। (হৌজিক) ঐখোইনা লীবিগনি নংঙোন্দা মখোইগী রারী অচুম্বগা লোয়ননা। থাঙ্গেশেংবমক মখোই ওইরম্মী নহাঙাক (চেৎনা) থাজত্ত্রবা মখোইগী মপুদা, অমসুং ঐখোইনা হেনগৎহনবিখি মখোইবু লমজিং খোঙফমদা।

وَّرَبَطْنَا عَلٰى قُلُوْبِهِمْ اِذْ قَامُوْا فَقَالُوْا رَبُّنَا رَبُّ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ لَنْ نَّدْعُوَا۟ مِنْ دُوْنِهٖٓ اِلٰهًا

১৫। অদুগা ঐখোইনা চেৎশনহনবিখি মখোইগী মথম্মোইশিং, মতমদুদা মখোইনা (মখোইবু ওৎ-নৈবা মীশিংগী মমাংদা) হৌগৎখি অমসুং হায়খি: "ঐখোইগী মপুদি মপুনি আসমান অমসুং

لَقَدْ قُلْنَآ اِذًا شَطَطًا ⑭

পৃথিবীগী। ঐখোইনা কৌজদে খোয়ম লাই কনামতবু মহাক নত্তনা; (ঐখোইনা করিগুম্বা তৌরবদি) তশেংবমক ঐখোই তাগনি নাতে চাদবা।

هٰٓؤُلَآءِ قَوْمُنَا اتَّخَذُوْا مِنْ دُوْنِهٖٓ اٰلِهَةً ؕ لَوْ لَا يَاْتُوْنَ عَلَيْهِمْ بِسُلْطٰنٍۭ بَيِّنٍ ؕ فَمَنْ اَظْلَمُ مِمَّنِ افْتَرٰى عَلَى اللّٰهِ كَذِبًا ؕ ⑮

১৬। "ঐখোইগী মীশিংনা লৌখ্রে মহাক নত্তবা (অতোপ্পা) লাইশিংবু (ঈরাৎনবগী)। করি মরমগী মখোইনা পুরক্তবগে তশেংবা সনদ অমতা (ভক্তশিং) মখোইগীদমক্তা? মরমদুনা কনানো হেন্না চুমদবা মঙোন্দগী—মহাকনা হায়রগা মীনম পাওরাল য়াথং রাপৈ অল্লাহগী মথক্তা?"

وَاِذِ اعْتَزَلْتُمُوْهُمْ وَمَا يَعْبُدُوْنَ اِلَّا اللّٰهَ فَاْوٗٓا اِلَى الْكَهْفِ يَنْشُرْ لَكُمْ رَبُّكُمْ مِّنْ رَّحْمَتِهٖ وَيُهَيِّئْ لَكُمْ مِّنْ اَمْرِكُمْ مِّرْفَقًا ⑯

১৭। অদুগা (মখোই অমনা অমদা হায়খি:) হৌজিক নখোই হন্দোরকখ্রবদা মখোইদগী অমসুং মখোইনা ঈরাৎলম্বা অল্লাহ নত্তবশিংদগী, লৈয়ু শুরুং অদুদা; নখোইগী মপুনা থাবিরক্কনি নখোইগীদমক্তা কান্ননিঙঙাই ওইবা লম্বী অমা নখোইগী থবক্তা।

وَتَرَى الشَّمْسَ اِذَا طَلَعَتْ تَّزٰوَرُ عَنْ كَهْفِهِمْ ذَاتَ الْيَمِيْنِ وَاِذَا غَرَبَتْ تَّقْرِضُهُمْ ذَاتَ الشِّمَالِ وَهُمْ فِيْ فَجْوَةٍ مِّنْهُ ؕ ذٰلِكَ مِنْ اٰيٰتِ اللّٰهِ ؕ مَنْ يَّهْدِ اللّٰهُ فَهُوَ الْمُهْتَدِ ۚ وَمَنْ يُّضْلِلْ فَلَنْ تَجِدَ لَهٗ وَلِيًّا مُّرْشِدًا ⑰

১৮। অদুগা নংনা উরমগনি নুমিৎ থোরকপদা, মদুনা চৎখি নখোইগী শুরুংদগী যেৎরোমদা অমসুং মদুনা তাবদা, লৈথোকখি মখোইদগী ওইরোমদা; অমসুং মখোই লৈরম্মী অপাকপা অহাংবা মফমদা মদুগী। মসি অল্লাহগী খুদমশিংগী মরক্তা(অম)নি। অল্লাহনা লমজিংবিবা মহাকদু ফংলবনি অচুম্বা লমজিং; তৌইগুম্বসুং কনাগুম্ববু মহাকনা লম্মুক্কহনবিরবদি, মহাক্কীদমক নংনা ফংলরোই মরূপ অমতা লমজিংবিনবা অচুম্বদা।

৩ শুবা রুকূ

وَتَحْسَبُهُمْ اَيْقَاظًا وَّهُمْ رُقُوْدٌ ۖۗ وَّنُقَلِّبُهُمْ ذَاتَ الْيَمِيْنِ وَذَاتَ الشِّمَالِ ۖۗ وَكَلْبُهُمْ بَاسِطٌ ذِرَاعَيْهِ بِالْوَصِيْدِ ؕ لَوِ اطَّلَعْتَ عَلَيْهِمْ لَوَلَّيْتَ مِنْهُمْ

১৯। অদুগা নংনা নীংলমগনি মখোইদু তুমদদুনা লৈরমগনি, তৌইগুম্বসুং মখোই তুমলম্মী, অমসুং ঐখোইনা য়াওনহনবিখি মখোইবু য়েৎরোম অমসুং ওইরোমদা, মখোইগী হুইনা (কুল্লম্মী) মখোঙ খুমাংশিং শন্দোক্লুনা থোংখোঙদা। করিগুম্বা নংনা য়েংলমলবদি মখোইদা নং নমায় ওথোক্লুনা

فِرَارًا وَّلَمُلِئْتَ مِنْهُمْ رُعْبًا ⑱

স্নেমগনি মখোইদগী অমসুং নং য়ৌনা কিরমগনি উবদা মখোইবু।

وَكَذٰلِكَ بَعَثْنٰهُمْ لِيَتَسَآءَلُوْا بَيْنَهُمْ ۚ قَالَ قَآئِلٌ مِّنْهُمْ كَمْ لَبِثْتُمْ ۚ قَالُوْا لَبِثْنَا يَوْمًا اَوْ بَعْضَ يَوْمٍ ۚ قَالُوْا رَبُّكُمْ اَعْلَمُ بِمَا لَبِثْتُمْ ۚ فَابْعَثُوْٓا اَحَدَكُمْ بِوَرِقِكُمْ هٰذِهٖٓ اِلَى الْمَدِيْنَةِ فَلْيَنْظُرْ اَيُّهَآ اَزْكٰى طَعَامًا فَلْيَأْتِكُمْ بِرِزْقٍ مِّنْهُ وَلْيَتَلَطَّفْ وَلَا يُشْعِرَنَّ بِكُمْ اَحَدًا ⑲

২০। অদুগা অসুম্না ঐখোইনা হৌগৎহনবিখি মখোইবু অদুনা মখোই অমনা অমদা ৱা হংনা য়ানবা। মখোইগী মরক্তগী অমনা হায়খি ঃ "মতম কয়া কুইনা নখোই লৈরম্বগে (ফমুং কোন্দুনা)?" মখোইনা পাওখুমখি ঃ "ঐখোইনা লৈরম্মী নুমিৎ অমদং নত্ত্রগা নুমিৎ অমগী শরুক অমা।" (অতোপ্পনা) হায়খি ঃ "নখোইগী মপুনা মুন্না খঙই নখোই কয়া কুইনা লৈরম্বা। হৌজিক থাখো নখোইগী মরক্তগী (মী) অমা নখোইগী লুপা (গী শেল ময়েক) অসিগা লোয়ননা শহরদা অমসুং মহাকনা য়েংসনু (শহরগী মী) করম্বগী চিঞ্জাকনা খ্বাইদগী হেন্না শেংবা. অমসুং মহাকনা পুরকসনু নখোইদা চিঞ্জাক (খরা) মদুদগী। অদুগা মহাক্ ব্যনহার ফজসনু অমসুং মহাকনা খঙহন্দসনু কনামতনু নখোইগী মরমদা।

اِنَّهُمْ اِنْ يَّظْهَرُوْا عَلَيْكُمْ يَرْجُمُوْكُمْ اَوْ يُعِيْدُوْكُمْ فِيْ مِلَّتِهِمْ وَلَنْ تُفْلِحُوْٓا اِذًا اَبَدًا ⑳

২১।

"তশেংবমক মখোইনা খঙলকলবদি নখোই (গী ফিবম)বু, মখোইনা নুংনা থাদুনা হাংনীংগনি নখোইবু নত্ত্রগা হলহনবিখিনি নখোইবু মখোইগী ধর্ম্মদা অমসুং নখোই কদৌনুংদসু নমায় পাকলেয়।"

وَكَذٰلِكَ اَعْثَرْنَا عَلَيْهِمْ لِيَعْلَمُوْٓا اَنَّ وَعْدَ اللّٰهِ حَقٌّ وَّاَنَّ السَّاعَةَ لَا رَيْبَ فِيْهَا ۚ اِذْ يَتَنَازَعُوْنَ بَيْنَهُمْ اَمْرَهُمْ فَقَالُوا ابْنُوْا عَلَيْهِمْ بُنْيَانًا ۗ رَبُّهُمْ اَعْلَمُ بِهِمْ ۗ قَالَ الَّذِيْنَ غَلَبُوْا عَلٰٓى اَمْرِهِمْ لَنَتَّخِذَنَّ

২২। অদুগা অসুম্না ঐখোইনা ফোংদোকপিখি মখোইবু (মীয়ামদা) অদুনা মখোইনা খঙবা য়ানবা মদুদি অল্লাহগী ৱাশক্তি (মতম লৈনা খিবিক্তা) অচুম্বনি অমসুং (ৱাশকপিখিবা) পুংফম অদুগী মরমদা চিংননিঙঙাই করিসু লৈতে। (নীংশিঙজু!) মখোইনা চীন্দান্নরকখিনদা মখোইগী মরক্তা মখোইগী থবক্কী মরমদা মখোইনা হায়খি ঃ "শারো মহল অমা মখোইগী মথক্তা।" মখোইগী মপুনা মুন্না খঙবিখি মখোইগী মরমদা। মখোইগী থবক্তা জয় ওইখিবশিংনা হায়খি ঃ "ঐখোই শোয়দনমক

শাগনি লাইনীং-লাইশোল তৌরবা মফম অমা মখোইগী মথক্তা।''

عَلَيْهِم مَّسْجِدًا ﴿٢١﴾

২৩। (খরনা) হায়ঃ "(মখোই) অহুমনি, মরিশুবদু মখোইগী হুই ওইরম্মী;" অমসুং (অতোপ্পনা) হায়ঃ (মখোই) মঙানি, তরুকশুবদু মখোইগী হুই ওইরম্মী;" মপুকনিংনা শাজনবনি উদঋঙদবগী মরমদা। অদুগা (অতৈ অতোপ্পনা) হায়ঃ "(মখোই) তরেৎনি, নিপান শুবদু মখোইগী হুই ওইরম্মী।" হায়যু ঃ "ঐগী মপুনা মুন্না খঙই মখোইগী (অচুম্বা) মশিং ; কনানসু খঙদে মখোইগী (তশেংবা ফিবম) খরা নত্তনা।" মরমদুনা নং মরৈ য়েৎনগনু মখোইগী মরমদা চাওরাকনা ৱায়েৎনবা নত্তনা, অমসুং হং-থিগনু মখোইগী মরমদা মখোই কনামতদা।

سَيَقُولُونَ ثَلَاثَةٌ رَّابِعُهُمْ كَلْبُهُمْ وَيَقُولُونَ خَمْسَةٌ سَادِسُهُمْ كَلْبُهُمْ رَجْمًا بِالْغَيْبِ وَيَقُولُونَ سَبْعَةٌ وَثَامِنُهُمْ كَلْبُهُمْ قُل رَّبِّي أَعْلَمُ بِعِدَّتِهِم مَّا يَعْلَمُهُمْ إِلَّا قَلِيلٌ فَلَا تُمَارِ فِيهِمْ إِلَّا مِرَاءً ظَاهِرًا وَلَا تَسْتَفْتِ فِيهِم مِّنْهُمْ أَحَدًا ﴿٢٢﴾

৪ শুবা রুকূ

২৪। অদুগা হায়গনু করিগুম্বা অমতগী মরমদাঃ "ঐনা শোয়দনমক তৌগনি মদু হয়েং,

وَلَا تَقُولَنَّ لِشَيْءٍ إِنِّي فَاعِلٌ ذَٰلِكَ غَدًا ﴿٢٣﴾

২৫। (মখা তাথবা) নত্তবদি, অল্লাহনা চানবিরবদি।" অদুগা নীংশিঙঙু নংগী মপুবু নংনা তাকাওগা শরুক্কুরকপদা অমসুং হায়যুঃ "ঐগী মপুনা লমজিংবিবসু য়াই ঐবু অচুম্বা লম্বীদা হেন্না নকশিন্না (শুরুংদা লৈরম্বা মীশিংগী ৱাফম) অসিদগী।"

إِلَّا أَن يَشَاءَ اللَّهُ وَاذْكُر رَّبَّكَ إِذَا نَسِيتَ وَقُلْ عَسَىٰ أَن يَهْدِيَنِ رَبِّي لِأَقْرَبَ مِنْ هَٰذَا رَشَدًا ﴿٢٤﴾

২৬। অদুগা মখোই লৈরম্মী মখোইগী শুরুংদা চহি চহুম, অমসুং তিনশল্লি মাপন (মদুদা, মরমদি নুমিৎকী চহিবু থাগী চহিগা চানহন্নবগী)।

وَلَبِثُوا فِي كَهْفِهِمْ ثَلَاثَ مِائَةٍ سِنِينَ وَازْدَادُوا تِسْعًا ﴿٢٥﴾

২৭। হায়যু ঃ "অল্লাহনা মুন্না খঙই মখোই কয়া কুইনা লৈরমখিবা।" মহাকনা ইখঙ-খঙহ্ অরোন-অথুপ্পশিং আসমানগী অমসুং পৃথিবীগী। কয়াদা উইহৈব্রবা মহাকনা! অমসুং কয়াদা তাহৈব্রবা মহাকনা! মখোইগী লৈতে ঙাকপিনঙাই কনামতা মহাক নত্তনা; অমসুং মহাকনা ত্রিন্নদে কনামতগা মহাক্কী ৱা লেপ্পগী থবক্তা।

قُلِ اللَّهُ أَعْلَمُ بِمَا لَبِثُوا لَهُ غَيْبُ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ أَبْصِرْ بِهِ وَأَسْمِعْ مَا لَهُم مِّن دُونِهِ مِن وَلِيٍّ وَلَا يُشْرِكُ فِي حُكْمِهِ أَحَدًا ﴿٢٦﴾

وَاتْلُ مَآ أُوْحِيَ إِلَيْكَ مِنْ كِتَابِ رَبِّكَ ۚ لَا مُبَدِّلَ لِكَلِمٰتِهٖ ۚ وَلَنْ تَجِدَ مِنْ دُوْنِهٖ مُلْتَحَدًا ۝٢٨

২৮। অদুগা থীথবিয়ু (মখোইদা) ফোংদোকপিখিবদু নংঙোন্দা কিতাবকী (শরুক খরা) নংগী মপুগী। কনাসু লৈতে ওংথোক-ওনশিন তৌবা ঙমগদবা মহাক্কী ৱাহৈশিং, অমসুং নংনা ফংলরোই চঙজফম অমতা মহাক নত্তনা।

وَاصْبِرْ نَفْسَكَ مَعَ الَّذِيْنَ يَدْعُوْنَ رَبَّهُمْ بِالْغَدٰوةِ وَالْعَشِيِّ يُرِيْدُوْنَ وَجْهَهٗ وَلَا تَعْدُ عَيْنٰكَ عَنْهُمْ ۚ تُرِيْدُ زِيْنَةَ الْحَيٰوةِ الدُّنْيَا ۚ وَلَا تُطِعْ مَنْ أَغْفَلْنَا قَلْبَهٗ عَنْ ذِكْرِنَا وَاتَّبَعَ هَوٰىهُ وَكَانَ أَمْرُهٗ فُرُطًا ۝٢٩

২৯। অদুগা খাংমিল্লৌ নং মখোইদুগা—মখোইনা কৌজে মপু (গী কোলোয়মিংলেন)বু অয়ুক অমসুং সন্ধ্যাদা, মহাক্কী য়াবীবা ফংজনবা; অমসুং নংগী নমিৎশিং চোয়থোক্কনু মখোইদগী, অপাম্বা শরুক্লদুনা অকে-অমৌ তাইবঙ পুন্সিগী; অমসুং হায়বা ইনগনু মহাক অদুগী—মহাক্কী মথম্মোই ঐখোইনা পূকনিং তাহনবিখিদ্রবা ঐখোইবু নীংশিংঙবগী অমসুং মহাকনা ইল্লি মহাক্কী ফত্তবা অপাম্বশিং, অমসুং মহাক্কী ফিবমদি রাংমা লানবনি।

وَقُلِ الْحَقُّ مِنْ رَّبِّكُمْ ۚ فَمَنْ شَآءَ فَلْيُؤْمِنْ وَّمَنْ شَآءَ فَلْيَكْفُرْ ۚ إِنَّآ أَعْتَدْنَا لِلظّٰلِمِيْنَ نَارًا ۚ أَحَاطَ بِهِمْ سُرَادِقُهَا ۚ وَإِنْ يَّسْتَغِيْثُوْا يُغَاثُوْا بِمَآءٍ كَالْمُهْلِ يَشْوِي الْوُجُوْهَ ۚ بِئْسَ الشَّرَابُ ۚ وَسَآءَتْ مُرْتَفَقًا ۝٣٠

৩০। হায়য়ু: "অচুম্বা হায়বসি নখোইগী মপুগী মায়কৈদগীনি; মরমদুনা কনাগুম্বনা (মসি) পামলগা থাজসনু, অমসুং কনাগুম্বনা (অতোপ্পা মওং) পামলগা, থাজদসনু।" তশেংবমক, ঐখোইনা থৌরাং তৌবিখ্রে অরানবা লম্বীন-বশিংগীদমক মৈ . অমা—মদুগী (মৈখু অমসুং মৈরিনা) দম্বুরগুম্না কোয়শিনবিগনি মখোইবু। অদুগা মখোইনা হায়জরকপদা অরানা কননিনবগী, মখোইবু তেংবাংবিগনি (অশৌবা) ঈশিং শেঙেংং মহী শৌদোক্লবগুম্বা পীবিদুনা, মদুনা চাকথেক্কনি মখোইগী মমায়শিং। কয়াদা অকিনবগী মশক ওইরবা থক্লবা মহীনো! কয়াদা নুংঙাই-খিদ্রবা মতেফমনো!

إِنَّ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ إِنَّا لَا نُضِيْعُ أَجْرَ مَنْ أَحْسَنَ عَمَلًا ۝٣١

৩১। থাজৈশেংবমক, অচুম্বা থাজত্রবা অমসুং অফবা থবকশিং খোঙফম্নবশিংদো, ঐখোইনা শোয়দনমক মাঙহনবিরোই মনা-মথিন কনাগুম্বনা অফবা থবক (অমা) তৌখিবা (ফাওব)গী।

أُولٰٓئِكَ لَهُمْ جَنّٰتُ عَدْنٍ تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهِمُ

৩২। মখোইসি ফংনঙাইনি স্বর্গ লৈকোনশিং

الْأَنْهٰرُ يُحَلَّوْنَ فِيْهَا مِنْ اَسَاوِرَ مِنْ ذَهَبٍ وَّيَلْبَسُوْنَ ثِيَابًا خُضْرًا مِّنْ سُنْدُسٍ وَّاِسْتَبْرَقٍ مُّتَّكِـِٕيْنَ فِيْهَا عَلَى الْاَرَآئِكِ ؕ نِعْمَ الثَّوَابُ ؕ وَحَسُنَتْ مُرْتَفَقًا ﴿٣١﴾

মতম-পুম্বদা ভুরেলশিং ঈচেল্লি; মদুগী মনুংদা মখোইবু লৈতেংবিগনি সনাগী খুজিশিং শিজিনবিদুনা অমসুং শেংপিগনি অশংবা ফিজোনশিং ফজখ্রবা কব্রংগী অমসুং সনা-লুপা হৎপা রেশম ফিশিং, (অমসুং) মখোই ঙাথগনি (নুংঙাইখ্রবা) গদ্দী মথক্তা। কয়াদা ফখ্রবা মনা-মথিনানো! অমসুং কয়াদা নিংথীজখ্রবা মতেকমনো!

৫ শুবা রুকূ

৩৩। অদুগা উৎলু মখোইদা রারম মতৌ অমা মী অনিগী ঃ মখোই অমদা ঐখোইনা পীখি হৈকোন অনি অঙ্গুরগী অমসুং ঐখোইনা কোয়শনবিখি মখোইবু খজুর পাম্বীশিংনা, অমসুং অনিদুগী মরক্তা ঐখোইনা থম্বিখি মহৈ-মরোংগী লৌবুকশিং।

وَاضْرِبْ لَهُمْ مَّثَلًا رَّجُلَيْنِ جَعَلْنَا لِاَحَدِهِمَا جَنَّتَيْنِ مِنْ اَعْنَابٍ وَّحَفَفْنٰهُمَا بِنَخْلٍ وَّجَعَلْنَا بَيْنَهُمَا زَرْعًا ﴿٣٢﴾

৩৪। হৈকোনশিং অদুগী অমমমনা থোকহনখি উহৈশিং (মরাংকায়না) অমসুং অশোয়বা করিসু লৈখিদে মদুদা। অদুগা অনিদুগী মরক্তা ঐখোইনা চেনহনবিখি ঈখোং অমা,

كِلْتَا الْجَنَّتَيْنِ اٰتَتْ اُكُلَهَا وَلَمْ تَظْلِمْ مِّنْهُ شَيْـًٔا ۙ وَّفَجَّرْنَا خِلٰلَهُمَا نَهَرًا ﴿٣٣﴾

৩৫। অমসুং মহাকনা ফংখি উহৈ (মরাং-কায়না); মরমদুনা মহাকনা হায়খি মহাক্কী মরূপ (লাইরবদা) চীন্দান্নবগী মতাং অমদা মহাক্কী ঃ "ঐনা হেল্লি নংঙোন্দগী লন-থুমদা অমসুং হেন্না ঈকাইখুম্নবনি তুংইনবা মীশিংগা লৈনবা মরীদসু।"

وَّكَانَ لَهٗ ثَمَرٌ ۚ فَقَالَ لِصَاحِبِهٖ وَهُوَ يُحَاوِرُهٗۤ اَنَا اَكْثَرُ مِنْكَ مَالًا وَّاَعَزُّ نَفَرًا ﴿٣٤﴾

৩৬। অদুগা মহাকনা চঙখি মহাক্কী হৈকোন্দা মহাকনা মথরাইবু অরানবা খোঙফম্নহল্লিঙৈদা' মহাকনা হায়খি ঃ "ঐনা খন্দে মসি কদৌনুংদসু মাঙ-তাক্কনি হায়বা,

وَدَخَلَ جَنَّتَهٗ وَهُوَ ظَالِمٌ لِّنَفْسِهٖ ۚ قَالَ مَاۤ اَظُنُّ اَنْ تَبِيْدَ هٰذِهٖۤ اَبَدًا ﴿٣٥﴾

৩৭। "অমসুং ঐনা নীংদে (অমাঙবগী) পুংফমদু মতমপুম্বদা লাক্কনি হায়বা। অদুগা ঐবু অমুক হনজনহল্লবসু ঐগী মপুগী মায়কৈদা ঐনা

وَّمَاۤ اَظُنُّ السَّاعَةَ قَآئِمَةً ۙ وَّلَئِنْ رُّدِدْتُّ اِلٰى

رَبِّىْ لَاَجِدَنَّ خَيْرًا مِّنْهَا مُنْقَلَبًا ﴿٣٦﴾

শোয়দনমক ফংগনি হেন্না অফবা হৌজিক ঐনা ফংলিবা অসিদগী।"

قَالَ لَهٗ صَاحِبُهٗ وَهُوَ يُحَاوِرُهٗٓ اَكَفَرْتَ بِالَّذِىْ خَلَقَكَ مِنْ تُرَابٍ ثُمَّ مِنْ نُّطْفَةٍ ثُمَّ سَوّٰىكَ رَجُلًا ﴿٣٧﴾

৩৮। মহাক্কী (লাইরবা) মরূপনা হায়খি মহাক্কা রায়েৎনব(গী পাওখুম)দা ঃ "(বন্ধু!) নং থাজদব্রা মহাকপু—মহাকনা শেম-শানিখি নংবু উফুলদগী, অদুগী তুংদা বীর্য্যদগী, মথংদা ওইহনবিখি নংবু (মপুংফাবা) মী অমা?

لٰكِنَّا۠ هُوَ اللّٰهُ رَبِّىْ وَلَآ اُشْرِكُ بِرَبِّىْٓ اَحَدًا ﴿٣٨﴾

৩৯। "তৌইগুম্বসুং ঐ ইশামক্কীদি, (ঐনা থাজে) অল্লাহ মহাক ঐগী মপুনি অমসুং ঐনা লৌজদে কনামতবু মহাক্কা শরুক য়ামিন্নবা ওইনা।

وَلَوْلَآ اِذْ دَخَلْتَ جَنَّتَكَ قُلْتَ مَا شَآءَ اللّٰهُ ۙ لَا قُوَّةَ اِلَّا بِاللّٰهِ ۚ اِنْ تَرَنِ اَنَا اَقَلَّ مِنْكَ مَالًا وَّوَلَدًا ﴿٣٩﴾

৪০। "অদুগা করি মরমগী নংনা হায়খিদবগে নংনা চঙখিবা মতমদা নংগী হৈকোন্দা ঃ অল্লাহনা পাম্বা অদুতা থোক্কনি ; শক্তি অমতা লৈতে অল্লাহ নত্তনা? নংনা খল্লবদি ঐবু হংথবা ওইনা নংঙোন্দগী লন-থুমদা অমসুং ইচা-ইশুদা—

فَعَسٰى رَبِّىْٓ اَنْ يُّؤْتِيَنِ خَيْرًا مِّنْ جَنَّتِكَ وَيُرْسِلَ عَلَيْهَا حُسْبَانًا مِّنَ السَّمَآءِ فَتُصْبِحَ صَعِيْدًا زَلَقًا ﴿٤٠﴾

৪১। "মতাং অদুদা ঐগী মপুনা পীনবসু য়াই ঐবু হেন্না ফবা নংগী হৈকোন্দগী অমসুং থাবিরক্কনি নংগী (হৈকোন) অদুদা বজ্র অমা আসমান্দগী অদুনা মদু ওইরক্কনি ইহাং-হাংবা করিসু হৌদবা" ;

اَوْ يُصْبِحَ مَآؤُهَا غَوْرًا فَلَنْ تَسْتَطِيْعَ لَهٗ طَلَبًا ﴿٤١﴾

৪২। "নত্তগা মদুগী ঈশিং কংথখিনি অদুনা নংনা ফংলরোই মদু করিমতা।"

وَاُحِيْطَ بِثَمَرِهٖ فَاَصْبَحَ يُقَلِّبُ كَفَّيْهِ عَلٰى مَآ اَنْفَقَ فِيْهَا وَهِىَ خَاوِيَةٌ عَلٰى عُرُوْشِهَا وَيَقُوْلُ يٰلَيْتَنِىْ لَمْ اُشْرِكْ بِرَبِّىْٓ اَحَدًا ﴿٤٢﴾

৪৩। অদুগা মহাক্কী উহৈশিং মাঙহনবিখ্রে, অদুনা মহাক প্রোক-প্রোক থেকখি মখুৎশিং মহাকনা খরচ তৌখিবা অদুগী মদুদা, হৈকোনদু মাঙখ্রে ; মাগী শগাইশিং তুখ্রে, অমসুং মহাকনা (অরাবদা ঈরাক্লদুনা) হায়খি ঃ "আঃ ওথোকপনিদা! ঐনা থংজল্লমদ্রবদি শরুক য়ামিন্নবশিং ঐগী মপুদা!"

وَلَمْ تَكُنْ لَّهٗ فِئَةٌ يَّنْصُرُوْنَهٗ مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ وَمَا كَانَ مُنْتَصِرًا ﴿٤٣﴾

৪৪। অদুগা মহাক্কী লৈরমদে খুৎপু কনাসু তেংবাংবিনবা মহাকপু অল্লাহগী মায়োক্তা নত্তগা মহাকনা ঙমখিদে ঙাকচবা মশামকপু।

هُنَالِكَ الْوَلَايَةُ لِلّٰهِ الْحَقِّ ۗ هُوَ خَيْرٌ ثَوَابًا وَّ

৪৫। অসিগুম্বা ফিবমদা ঙাকপিবদি অল্লাহ—

خَيْرٌ عُقْبًا

অচুম্বতগীনি। মহাক্তি খুাইদগী হেন্না ফর্বনি মনা-মথিন পীবদা অমসুং খুাইদগী হেন্না ফর্বনি অরোয়বা ফল থোকহনবদা।

৬ শুবা রুকূ

وَاضْرِبْ لَهُمْ مَّثَلَ الْحَيٰوةِ الدُّنْيَا كَمَآءٍ اَنْزَلْنٰهُ مِنَ السَّمَآءِ فَاخْتَلَطَ بِهٖ نَبَاتُ الْاَرْضِ فَاَصْبَحَ هَشِيْمًا تَذْرُوْهُ الرِّيٰحُ وَكَانَ اللّٰهُ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ مُّقْتَدِرًا

৪৬। অদুগা উৎপিয় মখোইদা মান্নবা মতৌ তাইবঙ পুন্সিগী: মসি মাননবনি নোং-ঈশিং মদু ঐখোইনা থাদবি কোরৌ নোংমদোন্দগী, মতমদুদা পৃথিবীগী মনা-মশিং গে-গে লাউনা ফগৎলি, অদুগী তুংদা মদু কংশিন খুইজিন্দুনা ভকলক-কায়রক্লনা মালংবনা হুমদোকখি। তৌইগুম্বসুং অল্লাহদি শক্তিশালীনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

اَلْمَالُ وَالْبَنُوْنَ زِيْنَةُ الْحَيٰوةِ الدُّنْيَا وَالْبٰقِيٰتُ الصّٰلِحٰتُ خَيْرٌ عِنْدَ رَبِّكَ ثَوَابًا وَّخَيْرٌ اَمَلًا

৪৭। লন-থুম অমসুং মচা-মশু হায়বসি লৈতেংনি তাইবঙ পুন্সিগী; তৌইগুম্বসুং কুইনা চৎপা অফবা থবকশিংনা ফবা হেল্লি নংগী মপুগী মিৎয়েংদা (হৌজিক-হৌজিক্কী) মনা-মথিন্দগী অমসুং ফবা হেল্লি (যুমফম ওইবদা) আশাগী (থরাইগী য়াইফ-নুংঙাইনবগী হয়েংমুক্কী পুন্সিদা)।

وَيَوْمَ نُسَيِّرُ الْجِبَالَ وَتَرَى الْاَرْضَ بَارِزَةً وَّحَشَرْنٰهُمْ فَلَمْ نُغَادِرْ مِنْهُمْ اَحَدًا

৪৮। অদুগা (রাখল খল্লু) নোংমা কোরৌ নোংজাদা ঐখোইনা লৌথোকপিখিগনি চীংজাওশিং অদুদা নংনা উগনি পৃথিবীসে লৈতেম চপ মান্নবা ওইনা অমসুং (মতমদুদা) ঐখোইনা পুল্লপ্পা খোমজনবিগনি (জাতিশিং) মখোইবু অমসুং থাদোকপিরোই মখোই কনামতবু তুংদা।

وَعُرِضُوْا عَلٰى رَبِّكَ صَفًّا لَقَدْ جِئْتُمُوْنَا كَمَا خَلَقْنٰكُمْ اَوَّلَ مَرَّةٍ بَلْ زَعَمْتُمْ اَلَّنْ نَّجْعَلَ لَكُمْ مَّوْعِدًا

৪৯। অদুগা মখোইবু পুথোকপিগনি নংগী মপুগী মমাংদা, পরেং নাইনা (লেপহন্দুনা, অমসুং অসি হায়বিগনি:) "তশেংবমক (হৌজিক) নাখোই লাকখ্রে ঐখোইগী ইনাক্তা (নশা ইকোক-কোক্না) ঐখোইনা শেমখিবগুম নখোইবু অহানবদা; তৌইগুম্বসুং নখোইনা খল্লম্মী ঐখোইনা কদৌনুংদসু লেপ্পিরম্মোই মতম অমা পাংথোক্লবগী ঐখোইগী রাশক তৌখিবদু নখোইদা।"

وَوُضِعَ الْكِتٰبُ فَتَرَى الْمُجْرِمِيْنَ مُشْفِقِيْنَ مِمَّا

৫০। অদুগা (পুন্সিদা তৌখিবা থবকশিং ইশনবা)

فِيهِ وَيَقُولُونَ يٰوَيْلَتَنَا مَالِ هٰذَا الْكِتٰبِ لَا يُغَادِرُ صَغِيرَةً وَّلَا كَبِيرَةً اِلَّآ اَحْصٰهَا وَوَجَدُوا مَا عَمِلُوا حَاضِرًا وَلَا يَظْلِمُ رَبُّكَ اَحَدًا ۝

কিতাবদু থেনবিগনি (মখোইগী মমাংদা, অদুগী মতমদা নংনা উগনি মরাল লৈরবশিংদো (থক-থক নীক্লা) কিবা মদুগী মনুংদা (হৈরিবা) অদুগী; অমসুং মখোইনা হায়গনি ঃ "ওঃ অরাবনিদা! করি লাইরিক ওইরবনো মসিবু! মসিদা চিখ্রবা করিসু লৈতরে অপিকপা নত্রগা অচৌবা, তৌইগুম্বসুং (পুম্নমক) য়াওখ্রে।" অদুগা মখোইনা ফংগনি মখোইনা তৌখিবা পুম্নমক মায়োক্নবা মখোইগা; অমসুং নংগী মপুনা তৌবিদে অরানবা কনামতদা।

৭ শুবা রুকূ

وَاِذْ قُلْنَا لِلْمَلٰٓئِكَةِ اسْجُدُوا لِاٰدَمَ فَسَجَدُوٓا اِلَّآ اِبْلِيسَ كَانَ مِنَ الْجِنِّ فَفَسَقَ عَنْ اَمْرِ رَبِّهٖ اَفَتَتَّخِذُونَهٗ وَذُرِّيَّتَهٗٓ اَوْلِيَآءَ مِنْ دُونِي وَهُمْ لَكُمْ عَدُوٌّ بِئْسَ لِلظّٰلِمِينَ بَدَلًا ۝

৫১। অদুগা ঐখোইনা হায়বিখিবদা ফরিশতহ-শিংদা ঃ "চঙজৌও আদমদা," মখোই (পুম্নমক) চঙজখি ইবলিস নত্তনা। মহাক ওইখি জিন অমা, মরমদুনা মহাকনা কীকতোকখি মহাক্কী মপুগী ময়াথং। (হে মীওইবাশিং!) নখোইনা লৌরব্রা মহাকপু অমসুং মহাক্কী মচা-মশুশিংবু নখোইগী মরূপশিং ওইনা ঐগী ইহুত্তা, মখোইনা ওইখ্রবদা নখোইগী য়েক্ল-তিংখং? ফত্তবনি শীন্দোক-শীঞ্জিন তৌবদু অরানবা লম্বীনবশিংগীদমক।

مَآ اَشْهَدْتُّهُمْ خَلْقَ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ وَلَا خَلْقَ اَنْفُسِهِمْ وَمَا كُنْتُ مُتَّخِذَ الْمُضِلِّينَ عَضُدًا ۝

৫২। ঐনা সাক্ষী ওইহনবিখিদে (শৈতানশিং) মখোইবু আসমান অমসুং পৃথিবী শেম-শাখিবা মতমদা, নত্রগা মখোই মশামকপু শেম—শাখিবা মতমদা; নত্রগা ঐনা লৌখিদে (ঐগী) তেংবাংবা ওইনা (তাইবঙ মীবু) লম্মুক্নহনবা মখোইদুবু।

وَيَوْمَ يَقُولُ نَادُوا شُرَكَآءِيَ الَّذِينَ زَعَمْتُمْ فَدَعَوْهُمْ فَلَمْ يَسْتَجِيبُوا لَهُمْ وَجَعَلْنَا بَيْنَهُمْ مَّوْبِقًا ۝

৫৩। অদুগা (রাখল খল্লু) নোংমা কোরৌ নোংজাদা (মপু) মহাকনা হায়বিগনি (লম্মুক্নখ্রব-শিংদা) ঃ "কৌও মখোইদু নখোইনা খল্লম্বদু ঐগী শরুক য়ামিন্নবশিংনি হায়না।" অদুনা মখোইনা কৌগনি মখোইবু, তৌইগুম্বসুং মখোইনা পাওখুমলোই, মরমদি ঐখোইনা থম্বিগনি (খায়-দোক্লগাই ওইবা) পন্থিং অমা মখোইগী মরক্তা।

وَرَاَ الْمُجْرِمُونَ النَّارَ فَظَنُّوٓا اَنَّهُمْ مُّوَاقِعُوهَا وَ

৫৪। অদুগা মরাল লৈরবশিংনা উগনি খাম্বি মৈ অমা (মখোইগী অকোয়বদা), মরমদুনা মখোইনা

لَمْ يَجِدُوْا عَنْهَا مَصْرِفًا ۝

খঙগনি মখোই তারগনি মদুগী মনুংদা অমসুং মখোইনা ফংলোই নাথোকফম মদুদগী।

৮ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ صَرَّفْنَا فِيْ هٰذَا الْقُرْاٰنِ لِلنَّاسِ مِنْ كُلِّ مَثَلٍ ۗ وَكَانَ الْاِنْسَانُ اَكْثَرَ شَيْءٍ جَدَلًا ۝

৫৫। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা শুগায়না তাকপিখ্রে কুরআন অসিদা মীশিংগী (ভাব তানবগী)দমক্তা মান্নবা মতৌশিং উৎপা পান্দম মখল কয়া, তৌইগুম্বসুং মীদি পোৎ পুম্নমক্কী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না খৎনগল্লি।

وَمَا مَنَعَ النَّاسَ اَنْ يُّؤْمِنُوْٓا اِذْ جَآءَهُمُ الْهُدٰى وَيَسْتَغْفِرُوْا رَبَّهُمْ اِلَّآ اَنْ تَاْتِيَهُمْ سُنَّةُ الْاَوَّلِيْنَ اَوْ يَاْتِيَهُمُ الْعَذَابُ قُبُلًا ۝

৫৬। অদুগা অথিংবা করিসু লৈতে মীনা ঈমান লৌবদা লমজিং লাকখ্রবদা মখোইদা অমসুং হায়জ-নীজবদা মখোইগী মপুনা ঙাকপিনবগী (অয়োন-অরান তৌখিবা খিবিক্কী), তৌইগুম্বসুং মখোইনা (ঙাইএ) থোরকপা মখোইদা মমাংঙৈগী (মীরোনশিংদা) থোকখিবদু নত্ত্রগা ঐখোইগী রায়েল-চৈরাকনা মায়োক্কুবা মখোইবু।

وَمَا نُرْسِلُ الْمُرْسَلِيْنَ اِلَّا مُبَشِّرِيْنَ وَمُنْذِرِيْنَ ۚ وَيُجَادِلُ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا بِالْبَاطِلِ لِيُدْحِضُوْا بِهِ الْحَقَّ وَاتَّخَذُوْٓا اٰيٰتِيْ وَمَآ اُنْذِرُوْا هُزُوًا ۝

৫৭। অদুগা ঐখোইনা থাদে রসুলশিংবু নত্তনা হরাওবা পাও পুবা ওইনা অমসুং চেকশিন-রা হায়বা ওইনা; তৌইগুম্বসুং লমফৈ-খোঙফম্নব-শিংনা চীন্দান্নে মীনম্বা শাগক্তুনা অদুনা মখোইনা হাংমৈ কোকথোং ওনহন্নবা অচুম্ববু মদুগা লোয়ননা। অদুগা মখোইনা লৌই ঐগী পাওজেলশিংবু অমসুং ব্রারকপগী পাওমেনশিংবু ফাগি ওইনা।

وَمَنْ اَظْلَمُ مِمَّنْ ذُكِّرَ بِاٰيٰتِ رَبِّهٖ فَاَعْرَضَ عَنْهَا وَنَسِيَ مَا قَدَّمَتْ يَدٰهُ ۗ اِنَّا جَعَلْنَا عَلٰى قُلُوْبِهِمْ اَكِنَّةً اَنْ يَّفْقَهُوْهُ وَفِيْٓ اٰذَانِهِمْ وَقْرًا ۗ وَاِنْ

৫৮। অদুগা কনানো মঙোন্দগী হেন্না চুমদনা মহাকদু নীংশিঙবদা মহাক্কী মপুগী পাওজেনশিং, মমায় ওথোকই মখোইদগী, অমসং কাওথোকই মহাক্কী মখুৎশিংনা মমাংদা থাজখিবা (থবক)দু? তশেংবমক ঐখোইনা খনজিনবিখ্রে পর্দাশিং মখোইগী মথম্মোইশিংদা অদুনা মখোইনা খঙদনবা মদু অমসুং য়ৈশনহনবিখ্রে মনাকোংশিং (অদুনা মখোই তাদ্রে অচুম্বা পাওজেন্দু)। অদুগা নংনা কৌরবসু মখোইবু লমজিংগী মায়কৈদা,

تَدْعُهُمْ إِلَى الْهُدٰى فَلَنْ يَّهْتَدُوْٓا إِذًا أَبَدًا ﴿٥٧﴾

মখোইনা কদৌঙৈদসু ফংলরোই লমজিং অদুগী মতমদা ফাওবা।

وَرَبُّكَ الْغَفُوْرُ ذُو الرَّحْمَةِ ۖ لَوْ يُؤَاخِذُهُمْ بِمَا كَسَبُوْا لَعَجَّلَ لَهُمُ الْعَذَابَ ۚ بَلْ لَّهُمْ مَّوْعِدٌ لَّنْ يَّجِدُوْا مِنْ دُوْنِهٖ مَوْئِلًا ﴿٥٨﴾

৫৯। অদুগা নংগী মপুদি য়োনজ-কোকপি-হৈবনি, থৌজালগী মপুনি মহাকনা করিগুম্বা (খুদক্তা) ফাজিনবা তারমলনদি মখোইবু মখোইনা ফস্তবা কমায়খিবগীদমক, মহাকনা থুনা থাবিরমগনি চৈরাক মখোইগী মথক্তা। তৌইগুম্বসুং মখোইগী লৈ লেপখিবা মতম মদুদগী মখোই নাত্থোকপা য়ারোই।

وَتِلْكَ الْقُرٰٓى أَهْلَكْنٰهُمْ لَمَّا ظَلَمُوْا وَجَعَلْنَا لِمَهْلِكِهِمْ مَّوْعِدًا ﴿٥٩﴾

৬০। অদুগা শহরশিংসি—ঐখোইনা মাঙহনবিখি মখোইবু মখোইনা চুমদবা খোঙফম্নখ্রবদা, তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা (ঐখোইগী নিয়ম মতুংইন্না) লেপ্পিখি মতম অমা মাঙহন্নবগী মখোইবু।

৯ শুবা রুকূ

وَإِذْ قَالَ مُوْسٰى لِفَتٰىهُ لَآ أَبْرَحُ حَتّٰٓى أَبْلُغَ مَجْمَعَ الْبَحْرَيْنِ أَوْ أَمْضِيَ حُقُبًا ﴿٦٠﴾

৬১। অদুগা (নীংশিঙঙু মতমদু) মুসানা হায়খি মহাক্কী মনাই নিপাদা ঃ "ঐ লেপ্পা তৌররোই ঐনা থুংদরিবা ফাওবা ঈতিনফমদা সমুদ্র ঈপাক অনিগী, নত্ত্রগা ঐনা চৎকনি চহি কুমজা কয়া।

فَلَمَّا بَلَغَا مَجْمَعَ بَيْنِهِمَا نَسِيَا حُوْتَهُمَا فَاتَّخَذَ سَبِيْلَهٗ فِي الْبَحْرِ سَرَبًا ﴿٦١﴾

৬২। মরমদুনা মখোইনা থুংখিবা মতমদা (সমুদ্র) অনিগী ঈতিনফমদা, মখোইনা কাওথোকলম্মী মখোইগী লেমলৈ ঙা (অমা পুরকখিবদু মখোইগী লমতাক্লবা ওইনা), মদু চৎখিরম্মী মাগী লম্বী লাইজা·ঈরোম্নুংদা থুনা-য়াংনা

فَلَمَّا جَاوَزَا قَالَ لِفَتٰىهُ اٰتِنَا غَدَآءَنَا ۫ لَقَدْ لَقِيْنَا مِنْ سَفَرِنَا هٰذَا نَصَبًا ﴿٦٢﴾

৬৩। অদুনা মখোইনা খরা শাংথনা চৎখ্রবদা, মহাকনা হায়খি মহাক্কী মনাই নিপাদা ঃ "(হৌজিক) পুরকও ঐখোইগী অয়ুক্কী খানা। তশেংবমক, ঐখোই য়াম্না রাখ্রে ঐখোইগী খোঙচৎ অসিদা।"

قَالَ أَرَءَيْتَ إِذْ أَوَيْنَآ إِلَى الصَّخْرَةِ فَإِنِّيْ نَسِيْتُ

৬৪। মনাইনা হায়খি "ইবুঙোনা উবিহৌদব্রা

الْحُوتَ وَمَا أَنْسَانِيهُ إِلَّا الشَّيْطَانُ أَنْ أَذْكُرَهُ ۚ وَاتَّخَذَ سَبِيلَهُ فِي الْبَحْرِ عَجَبًا ﴿٦٣﴾

ঐখোইনা অরা-পোখারিঙৈদা চীংদুম মথক্তা, ঐনা কাওথোকখ্রে লেমলে ঙা অদু—অমসুং কনাসু নত্তবা শৈতান্না কাওহনবিখ্রে ঐবু হায়হৌবা মদু ইবুঙোদা—মদু চৎখ্রে মাগী লম্বী লাইজা ঈরোম্নুংদা—অঙকপা মওংদা!"

قَالَ ذَٰلِكَ مَا كُنَّا نَبْغِ ۚ فَارْتَدَّا عَلَىٰ آثَارِهِمَا قَصَصًا ﴿٦٤﴾

৬৫। মুসানা হায়খিঃ "মদুনি ঐখোইনা থিরকলিবদি।" মরমদুনা মখোই অনি হন্নকলম্মী, লীর-লীরদুনা মখোইগী খোঙ্গুলশিং।

فَوَجَدَا عَبْدًا مِنْ عِبَادِنَا آتَيْنَاهُ رَحْمَةً مِنْ عِنْدِنَا وَعَلَّمْنَاهُ مِنْ لَدُنَّا عِلْمًا ﴿٦٥﴾

৬৬। মতমদুদা মখোইনা ফংলম্মী ঐখোইগী ইনাইশিং অমা—মঙোন্দা ঐখোইনা পীখি ঐখোইগী থৌজাল অমসুং মহাকপু ঐখোইনা তম্বিখি জ্ঞান ঐখোইমক্তদগী।

قَالَ لَهُ مُوسَىٰ هَلْ أَتَّبِعُكَ عَلَىٰ أَنْ تُعَلِّمَنِ مِمَّا عُلِّمْتَ رُشْدًا ﴿٦٦﴾

৬৭। মুসানা হায়খি মঙোন্দাঃ "ঐ নংগী নতুং ইনবা য়াগদ্রা অদুনা নংনা তম্বিনবা ঐবু (অচুম্বা) লমজিং নংঙোন্দা তম্বিখিবা অদুদগী?"

قَالَ إِنَّكَ لَنْ تَسْتَطِيعَ مَعِيَ صَبْرًا ﴿٦٧﴾

৬৮। মহাকনা পাওখুম্বিখিঃ "তশেংবমক নং খাংবা ঙমলোই ঐগা লোয়নবদা।"

وَكَيْفَ تَصْبِرُ عَلَىٰ مَا لَمْ تُحِطْ بِهِ خُبْرًا ﴿٦٨﴾

৬৯। "অদুগা করম্না নংনা খাংবা ঙমগনি নংনা খঙদবা পোৎশিংগী মরমদা?"

قَالَ سَتَجِدُنِي إِنْ شَاءَ اللَّهُ صَابِرًا وَلَا أَعْصِي لَكَ أَمْرًا ﴿٦٩﴾

৭০। মুসানা হায়খিঃ "নংনা ফংবিগনি ঐবু, অল্লাহনা চানবিরবদি, অখাংকনবা অমসুং ঐনা তৌজরোই হায়না ইন্দবা নয়াথং অমতা।"

قَالَ فَإِنِ اتَّبَعْتَنِي فَلَا تَسْأَلْنِي عَنْ شَيْءٍ حَتَّىٰ أُحْدِثَ لَكَ مِنْهُ ذِكْرًا ﴿٧٠﴾

৭১। (অল্লাহগী মনাই) মহাকনা হায়খিঃ "ফরে, নংনা ইল্লবদি ঐগী ইতুং, নং হং-থিবা তৌগনু ঐঙোন্দা করিগুম্বা অমতগী মরমদা ঐ ইশামক্না রা ঙাঙদরিবা ফাওনা নংঙোন্দা মদুগী মরমদা।"

১০ শুবা রুকূ

فَانْطَلَقَا حَتَّىٰ إِذَا رَكِبَا فِي السَّفِينَةِ خَرَقَهَا ۖ قَالَ

৭২। মরমদুনা মখোই অনি (পুন্না) চৎখি অসি য়ৌবফাওবা, মখোইনা তোংলবদা হী অমদা, (অল্লাহগী মনাই) মহাকনা থিনগায়রম্মী মখুল অমা (হীনুংদা)। অদুদা মুসানা হায়খিঃ "নংনা থিনগায়রব্রা মখুল অমা-ঈরাক্নুহন্নবা মসিদা

اَخَرَقْتَهَا لِتُغْرِقَ اَهْلَهَا ۚ لَقَدْ جِئْتَ شَيْـًٔا اِمْرًا ﴿٧١﴾

তোংলিবশিংবু ? তশেংবমক নংনা তৌরে ফত্তবা থবক অমা।"

قَالَ اَلَمْ اَقُلْ اِنَّكَ لَنْ تَسْتَطِيْعَ مَعِيَ صَبْرًا ﴿٧٢﴾

৭৩। অল্লাহগী মনাইনা পাওখুম্বিখি: "ঐনা হায়খিদব্রা নং খাংবা ঙমলোই ঐগা লোয়নবদা ?"

قَالَ لَا تُؤَاخِذْنِيْ بِمَا نَسِيْتُ وَلَا تُرْهِقْنِيْ مِنْ اَمْرِيْ عُسْرًا ﴿٧٣﴾

৭৪। মুসানা হায়খি: "দোশ তৌবিগনু ঐনা কাওখিবগী অমসুং শাথীবসু তৌবিগনু ঐনা শোয়খিবগী।"

فَانْطَلَقَا ۗ حَتّٰٓى اِذَا لَقِيَا غُلٰمًا فَقَتَلَهٗ ۙ قَالَ اَقَتَلْتَ نَفْسًا زَكِيَّةًۢ بِغَيْرِ نَفْسٍ ۗ لَقَدْ جِئْتَ شَيْـًٔا نُّكْرًا ﴿٧٤﴾

৭৫। মরমদুনা মখোই চৎখিরম্মী অসি য়ৌবফাওবা, মখোই থেংনরম্মী নহা নিপা অমা, অল্লাহগী মনাইনা হাৎখি মহাকপু। মুসানা হায়খি: "নংনা হাৎলব্রা মরাল লৈজদবা মী অমা মহাকনা (হাৎখিদবদা) কনা অমতবু ? তশেংবমক নংনা তৌরে অকিবগী মশক ওইবা থবক অমা।"

সিপারহ ১৬ : কাল অলম

قَالَ اَلَمْ اَقُلْ لَّكَ اِنَّكَ لَنْ تَسْتَطِيْعَ مَعِيَ صَبْرًا ﴿٧٥﴾

৭৬। (অল্লাহগী মনাইনা) হায়খি: "ঐনা হায়খিদব্রা নংনা খাংবা ঙমলোই ঐগা লোয়নবদা ?"

قَالَ اِنْ سَاَلْتُكَ عَنْ شَيْءٍۭ بَعْدَهَا فَلَا تُصٰحِبْنِيْ ۚ قَدْ بَلَغْتَ مِنْ لَّدُنِّيْ عُذْرًا ﴿٧٦﴾

৭৭। মুসানা পাওখুমখি: "ঐনা হংলবদি নংঙোন্দা করিগুম্বা অমা মতুং অসিদা, নং লোয়নবিগনু ঐবু। হৌজিক নংনা ফংখ্রে (থাদোকপিনবগী) মরম ঐঙোন্দগী।

فَانْطَلَقَا ۗ حَتّٰٓى اِذَآ اَتَيَآ اَهْلَ قَرْيَةِ ۨاسْتَطْعَمَآ اَهْلَهَا فَاَبَوْا اَنْ يُّضَيِّفُوْهُمَا فَوَجَدَا فِيْهَا جِدَارًا يُّرِيْدُ اَنْ يَّنْقَضَّ فَاَقَامَهٗ ۗ قَالَ لَوْ شِئْتَ لَتَّخَذْتَ عَلَيْهِ اَجْرًا ﴿٧٧﴾

৭৮। মরমদুনা মখোই চৎখিরম্মী অসি য়ৌবফাওবা, মখোইনা লাকখিবদা শহর অমগী মীশিংগী মনাক্তা, মখোইনা হায়জখি মীশিং অদুদা চিঞ্জাক পীনবগী, তৌইগুম্বসুং মখোইনা সেবা তৌনীংখিদে মখোইবু মখোইগী অতিথি ওইনা। অদুগা মখোইনা ফংখি মফম অদুদা দিব্বার অমা মদু তুনিং-তুনিং ওইরম্মী অমসুং (অল্লাহগী মনাই) মহাকনা মরামত তৌরম্মী মদু। মুসানা হায়খি: "নংনা করিগুম্বা পামলমলবদি, নংনা লৌরম্বা য়াই অরামল মদুগী।

قَالَ هٰذَا فِرَاقُ بَيْنِيْ وَبَيْنِكَ ۚ سَاُنَبِّئُكَ بِتَاْوِيْلِ

৭৯। (অল্লাহগী মনাইনা) হায়খি: "(নংগী রাহে

مَا لَمْ تَسْتَطِعْ عَّلَيْهِ صَبْرًا

অসিদা) ঐ অমসুং নংগী কায়নবগী মতাংনি। হৌজিক ঐনা হায়বিগনি নংঙোন্দা অর্থ (ঐনা তৌখিবা থবকশিংগী) নংনা লৈবা ঙমখিদবগী অখাংকনবগা লোয়ননা ঃ

اَمَّا السَّفِيْنَةُ فَكَانَتْ لِمَسٰكِيْنَ يَعْمَلُوْنَ فِى الْبَحْرِ فَاَرَدْتُّ اَنْ اَعِيْبَهَا وَكَانَ وَرَآءَهُمْ مَّلِكٌ يَّاْخُذُ كُلَّ سَفِيْنَةٍ غَصْبًا

৮০। "হী অদু কনাগুম্বা লাইরবা মী অমগীনি, মহাক সমুদ্রদা (ঙা ফাবগী) থবক তৌবনি ; অমসুং ঐনা শৈনাইহন্নীংলম্মী মদু, মরমদি (লৈবাক অদুদা পাল্লম্বা) নিংথৌনা ফারম্মী হী পুম্নমক অকনবনা।

وَاَمَّا الْغُلٰمُ فَكَانَ اَبَوٰهُ مُؤْمِنَيْنِ فَخَشِيْنَآ اَنْ يُّرْهِقَهُمَا طُغْيَانًا وَّكُفْرًا

৮১। "অদুগা নহা নিপাদু, মহাক্কী মপা মমাদি অচুম্বা থাজবা ওইরম্মী, অমসুং ঐখোইনা কিরম্মী মহাকনা (চাওরগা) অরাবা শরুক্কুহনবসু য়াই মখোইবু মহাক্কী ফত্তরম লম্বীনবা অমসুং লমফৈ-খোঙফম্নবনা।

فَاَرَدْنَآ اَنْ يُّبْدِلَهُمَا رَبُّهُمَا خَيْرًا مِّنْهُ زَكٰوةً وَّاَقْرَبَ رُحْمًا

৮২। "মরমদুনা ঐখোইনা নীংলম্মী মদুদি মখোইগী মপুনা পীনবিগনি মখোইবু মহাক্কী মহুত্তা হেন্না ফবা মচা নিপা অমা পুণ্য লৈবদা অমসুং (পা-মাবু) নুংশিবদা।

وَاَمَّا الْجِدَارُ فَكَانَ لِغُلٰمَيْنِ يَتِيْمَيْنِ فِى الْمَدِيْنَةِ وَكَانَ تَحْتَهٗ كَنْزٌ لَّهُمَا وَكَانَ اَبُوْهُمَا صَالِحًا ۚ فَاَرَادَ رَبُّكَ اَنْ يَّبْلُغَآ اَشُدَّهُمَا وَيَسْتَخْرِجَا كَنْزَهُمَا ۖ رَحْمَةً مِّنْ رَّبِّكَ ۚ وَمَا فَعَلْتُهٗ عَنْ اَمْرِىْ ۗ ذٰلِكَ تَاْوِيْلُ مَا لَمْ تَسْطِعْ عَّلَيْهِ صَبْرًا

৮৩। "অদুগা দিৱার অদু, মদু মপু ওইরম্মী পীতৎ-পাতৎপা মচা অনিনা শহর অদুদা, অমসুং মদুগী মখাদা লৈরম্মী লনকৈ অমা মখোইগী অমসুং মখোইগী মপাদু ওইরম্মী ধর্ম্ম লম্বীনবা। মরমদুনা নংগী মপুনা নীংলম্মী মখোইনা চাওর য়াঙ্গোন ফাবা অমসুং লৌথোকচবা মখোইগী লনকৈদু নংগী মপুগী থৌজাল অমা ওইনা ; অমসুং ঐনা তৌখিদে (মরামতকী) থবক অদু লন্নাই তৌনীংনা। মসি শুগায়না তাকলবনি (ঐনা তৌখিবা থবকশিংগী) মদুগীদমক নংনা খাংবা ঙমখিদে (য়েৎ খোৎপা তৌদনা)।"

১১ শুবা রুকূ

وَيَسْـَٔلُوْنَكَ عَنْ ذِى الْقَرْنَيْنِ ۗ قُلْ سَاَتْلُوْا عَلَيْكُمْ مِّنْهُ ذِكْرًا

৮৪। অদুগা মখোইনা রা হংলি নংঙোন্দা জুল করনৈনগী মরমদা। হায়য়ুঃ "ঐনা লীবিগনি নখোইদা (খরদং) মহাক্কী মরমদা।"

৮৫। অচুম্বমক ঐখোইনা পুথোকপিখি মহাকপু মালেমথক্তা অমসুং পীখি মহাকপু উপায়শিং (পাংথোক্নবগী) পোৎ খুদিং,

إِنَّا مَكَّنَّا لَهُۥ فِى ٱلْأَرْضِ وَءَاتَيْنَٰهُ مِن كُلِّ شَىْءٍ سَبَبًا ﴿٨٤﴾

৮৬। মরমদুনা মহাকনা চৎখি (করিগুম্বা) লম্বী অমা ঃ

فَأَتْبَعَ سَبَبًا ﴿٨٥﴾

৮৭। য়ৌদরিবা ফাওবা মহাকনা নুমিৎনা তাবা মফমদা, মহাকনা ফংখি মদু তাখিবা মুশিন মুবা ঈশিং ঈপাক অমদা অমসুং মদুগী মনাক্তা মহাকনা ফংখি মী কাওলুপ অমা। ঐখোইনা হায়বিখি ঃ "হে জুল করনৈন! চৈরাক পীয়ু মখোইবু নত্রগা লূনা চান্না তৌবিয়ু মখোইবু।"

حَتَّىٰٓ إِذَا بَلَغَ مَغْرِبَ ٱلشَّمْسِ وَجَدَهَا تَغْرُبُ فِى عَيْنٍ حَمِئَةٍ وَوَجَدَ عِندَهَا قَوْمًا ۗ قُلْنَا يَٰذَا ٱلْقَرْنَيْنِ إِمَّآ أَن تُعَذِّبَ وَإِمَّآ أَن تَتَّخِذَ فِيهِمْ حُسْنًا ﴿٨٦﴾

৮৮। মহাকনা হায়খি ঃ অরানবা লম্বীনবা মহাকদু ঐখোইনা থাবিগনি চৈরাক; মসিগী মতুংদা মহাক হনজনগনি মহাক্কী মপুদা, মহাকনা রারক-রাতেম্বিগনি তমথীবা চৈরাক পীবিদুনা।

قَالَ أَمَّا مَن ظَلَمَ فَسَوْفَ نُعَذِّبُهُۥ ثُمَّ يُرَدُّ إِلَىٰ رَبِّهِۦ فَيُعَذِّبُهُۥ عَذَابًا نُّكْرًا ﴿٨٧﴾

৮৯। তৌই্‌গুম্বসুং অদুগুম্বা মীওই মহাকনা অচুম্বা থাজবা অমসুং ধর্ম্ম লম্বীনবা, মহাক ফংগনি অফবা মনা-মথিন (মহাক্কী মপুগী মনাক্তা) অমসুং ঐখোইনা রা ডাওবিগনি মডোন্দা ঐখোইগী য়াথং অরায়বনা।

وَأَمَّا مَنْ ءَامَنَ وَعَمِلَ صَٰلِحًا فَلَهُۥ جَزَآءً ٱلْحُسْنَىٰ ۖ وَسَنَقُولُ لَهُۥ مِنْ أَمْرِنَا يُسْرًا ﴿٨٨﴾

৯০। অদুগী তুংদা মহাকনা চৎখি (অতোপ্পা) লম্বী অমা ঃ

ثُمَّ أَتْبَعَ سَبَبًا ﴿٨٩﴾

৯১। য়ৌদরিবা ফাওবা মহাকনা নুমিৎনা থোকপা মফমদা, মহাকনা ফংখি মদু থোরকপা মী কাওলুপ অমগী মথক্তা মখোইগীদমক্তা ঐখোইনা পীখিদে থুপফম অমতা মদুদগী।

حَتَّىٰٓ إِذَا بَلَغَ مَطْلِعَ ٱلشَّمْسِ وَجَدَهَا تَطْلُعُ عَلَىٰ قَوْمٍ لَّمْ نَجْعَل لَّهُم مِّن دُونِهَا سِتْرًا ﴿٩٠﴾

৯২। (মহাকনা থাদোকপিরম্মী মখোইবু) মখোইগী লৈরম্বা ফিবমদা (করিমতা কায়হন্দনা)। তশেংবমক ঐখোইনা মুন্না খঙখি মহাক্কা লোয়ন-খিবা (উপায়) পুম্নমক।

كَذَٰلِكَ وَقَدْ أَحَطْنَا بِمَا لَدَيْهِ خُبْرًا ﴿٩١﴾

৯৩। অদুগী তুংদা মহাকনা চৎখি (অতোপ্পা) লম্বী অমা ঃ

ثُمَّ أَتْبَعَ سَبَبًا ﴿٩٢﴾

حَتّٰۤى اِذَا بَلَغَ بَیۡنَ السَّدَّیۡنِ وَجَدَ مِنۡ دُوۡنِهِمَا قَوۡمًا ۙ لَّا یَكَادُوۡنَ یَفۡقَهُوۡنَ قَوۡلًا ﴿۹۳﴾

৯৪। য়ৌদরিবা ফাওবা মহাকনা চীংজাও অনিগী মরক্তা (লৈবা তমপাক অমদা) মদুগী নাকলদা মহাকনা ফংখি মী কাগুলুপ অমা মখোইনা খগুলমদে ৱাহৈ অমতা (মহাক্কী মরোলদা মহাকনা ঙাঙ-শকপদু)।

قَالُوۡا یٰذَا الۡقَرۡنَیۡنِ اِنَّ یَاۡجُوۡجَ وَمَاۡجُوۡجَ مُفۡسِدُوۡنَ فِی الۡاَرۡضِ فَهَلۡ نَجۡعَلُ لَكَ خَرۡجًا عَلٰۤی اَنۡ تَجۡعَلَ بَیۡنَنَا وَبَیۡنَهُمۡ سَدًّا ﴿۹۴﴾

৯৫। মখোইনা হায়খি (তরজুমানগী চীংথাংদা): "হে জুল করনৈন! তশেংবমক য়াজুজ অমসুং মাজুজ (মী কাগুলুপ)না থোকহল্লি অমাগুবা লম অসিদা; মরমদুনা ঐখোইনা কৎলসিরা নংগোন্দা লোয়পোৎ নংনা শাবিরবদি পন্থিং অমা ঐখোই অমসুং মখোইগী মরক্তা (অদুনা মখোই লাকপা ঙমদনবা ঐখোইগী ইরমদা)!"

قَالَ مَا مَكَّنِّیۡ فِیۡهِ رَبِّیۡ خَیۡرٌ فَاَعِیۡنُوۡنِیۡ بِقُوَّةٍ اَجۡعَلۡ بَیۡنَكُمۡ وَبَیۡنَهُمۡ رَدۡمًا ﴿۹۵﴾

৯৬। মহাকনা পাওখুমখি: "শক্তি অমদি উপায় ঐগী মপুনা পীবদু ঐঙোন্দা, মদুনা ফবা হেল্লি (নখোইগী লোইপোত্তগী): মরমদুনা তেংবাংগু ঐবু নখোইগী নপাঙ্গল (অমসুং শুবা নোম্ব) না, ঐনা শাবিগনি (অকনবা অমসুং অচৌবা) পন্থিং অমা নখোই অমসুং মখোইগী মরক্তা:

اٰتُوۡنِیۡ زُبَرَ الۡحَدِیۡدِ ؕ حَتّٰۤی اِذَا سَاوٰی بَیۡنَ الصَّدَفَیۡنِ قَالَ انۡفُخُوۡا ؕ حَتّٰۤی اِذَا جَعَلَهٗ نَارًا ۙ قَالَ اٰتُوۡنِیۡۤ اُفۡرِغۡ عَلَیۡهِ قِطۡرًا ﴿۹۶﴾

৯৭। "পুরকও ঐঙোন্দা য়োৎ মতুপশিং।" (মখোইনা পুরকখি দরকার ওইবমখৈ) অসি য়ৌবফাওবা, মহাকনা মেনশল্লবা মতমদা চীংজাও অনিগী মরক্তা লৈবা (অহাংবা) মফমদু, মহাকনা হায়খি: "(হৌজিক) কাম্মু (নখোইগী মৈকাম্নবা উতোংনা)।" (মখোইনা কামখ্রবদা) অসি য়ৌবফাওবা, মহাকনা ইক্লবদা (য়োৎশিংদু) ঙাংশং-ঙাংনা, মহাকনা হায়খি: "পুরকও ঐঙোন্দা শৌদোক্লবা কোরি অদুনা ঐনা হৈথনবা মদু (য়োৎ অশাবা) অসিগী মথক্তা।"

فَمَا اسۡطَاعُوۡۤا اَنۡ یَّظۡهَرُوۡهُ وَمَا اسۡتَطَاعُوۡا لَهٗ نَقۡبًا ﴿۹۷﴾

৯৮। মরমদুনা মখোই (য়াজুজ অমসুং মাজুজ) না ঙমখিদ্রে লাগ্থোরকপা মদু নত্তগা ঙমখিদ্রে হোগাইবা মদু।

قَالَ هٰذَا رَحۡمَةٌ مِّنۡ رَّبِّیۡ ۚ فَاِذَا جَآءَ وَعۡدُ رَبِّیۡ

৯৯। (মদুগী মতুং হেক তাবদা) জুল করনৈননা হায়খি: "মসি থৌজালনি ঐগী মপুদগী। মসিগী

جَعَلَهٗ دَكَّآءَ ۚ وَكَانَ وَعْدُ رَبِّيْ حَقًّا ﴿٩٩﴾

মতুংদা ঐগী মপুগী রাশক লাকলবদা, মহাকনা থুগায়বিগনি মসি মচেৎ-মচেৎ; অমসুং ঐগী মপুগী রাশক্তি তশেংনমক অচুম্বনি।

وَتَرَكْنَا بَعْضَهُمْ يَوْمَئِذٍ يَّمُوْجُ فِيْ بَعْضٍ وَّنُفِخَ فِي الصُّوْرِ فَجَمَعْنٰهُمْ جَمْعًا ﴿١٠٠﴾

১০০। অদুগা কোরৌ নুমিৎ অদুদা ঐখোইনা থাদোকপিগনি মখোই (য়াজুজ অমসুং মাজুজ) খরবু (সমুদ্রগী ঈথক কাবগুম্না) কাং-খোং চাইহন্নবগী অতোপ্পশিংগী মথক্তা অমসুং পেরে শিঙ্গা খোংবিগনি। মসিগী মতুংদা ঐখোইনা পুম্নপ্না খোমজনবিগনি মখোই পুম্নমকবু,

وَّعَرَضْنَا جَهَنَّمَ يَوْمَئِذٍ لِّلْكٰفِرِيْنَ عَرْضًا ﴿١٠١﴾

১০১। অমসুং ঐখোইনা পুথোকপিগনি 'জহন্নম' (নরক), মায়োক্লনা নুমিৎ অদুদা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদা—

الَّذِيْنَ كَانَتْ اَعْيُنُهُمْ فِيْ غِطَآءٍ عَنْ ذِكْرِيْ وَكَانُوْا لَا يَسْتَطِيْعُوْنَ سَمْعًا ﴿١٠٢﴾

১০২। মখোইগী মমিৎশিংদু পর্দানা খুমজিনবিখ্রে ঐগী নীংশিঙহল্লিবা পোত্তগী অমসুং মখোইনা তাবা (ফাওবা) ঙমখিদ্রে (ঐগী পাওজেনশিং)।

১২ শুবা রুকূ

اَفَحَسِبَ الَّذِيْنَ كَفَرُوْٓا اَنْ يَّتَّخِذُوْا عِبَادِيْ مِنْ دُوْنِيْٓ اَوْلِيَآءَ ۭ اِنَّآ اَعْتَدْنَا جَهَنَّمَ لِلْكٰفِرِيْنَ نُزُلًا ﴿١٠٣﴾

১০৩। লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা খনব্রা মখোইনা লৌবা য়াগনি ঐগী (ধর্ম্ম চেংলৌ শকওইনবা) ইনাইশিংবু (মখোইগী) ঙাক-শেনবিবা ওইনা ঐগী ইহুত্তা? তশেংবমক ঐখোইনা তৈয়ার তৌবিখ্রে নরক য়াতুংফম ওইনা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী।

قُلْ هَلْ نُنَبِّئُكُمْ بِالْاَخْسَرِيْنَ اَعْمَالًا ﴿١٠٤﴾

১০৪। হায়য়ু (মখোইদা): ঐখোইনা তাকখোকসিরা নখোইদা অদুগুম্বা মীওইশিং খ্বাইদগী হেন্না অমাঙবা শরুক্লব্রবা মখোইগী থবকশিংদা?

اَلَّذِيْنَ ضَلَّ سَعْيُهُمْ فِي الْحَيٰوةِ الدُّنْيَا وَهُمْ يَحْسَبُوْنَ اَنَّهُمْ يُحْسِنُوْنَ صُنْعًا ﴿١٠٥﴾

১০৫। মখোইদুগী হোৎনবদু মাঙখ্রবনি (তান্নরিঙৈদা কান্নবশিং) তাইবঙ পুন্সিদা, অমসুং মখোইনা খল্লি মখোই খোঙফম্নরি অফবা থবকশিং।

اُولٰۤىِٕكَ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا بِاٰيٰتِ رَبِّهِمْ وَلِقَاۗىِٕهٖ فَحَبِطَتْ اَعْمَالُهُمْ فَلَا نُقِيْمُ لَهُمْ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ

১০৬। মখোইদু থাজদবাশিংনি মখোইগী মপুগী পাওজেনশিংদা অমসুং মহাক্কা উনগনি হায়বা রাফমদা; মরমদুনা মখোইগী থবকশিং অরেম্বদা

وَزْنًا ۝١٠٥

তাখ্রে, অমসুং কিয়ামত নুমিত্তা ঐখোইনা পীবিরোই মখোইবু মমল-নত্তগা মগুণ/করিমতা।

ذٰلِكَ جَزَآؤُهُمْ جَهَنَّمُ بِمَا كَفَرُوْا وَاتَّخَذُوْٓا اٰيٰتِيْ وَرُسُلِيْ هُزُوًا ۝١٠٦

১০৭। মখোইগী মনা-মথিন্দি নরকনি; মরমদি মখোই লমফৈ-খোঙফম্নরম্মী, অমসুং করেম-কথাইনরম্মী ঐগী পাওজেনশিংবু অমসুং ঐগী রসুলশিংবু।

اِنَّ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ كَانَتْ لَهُمْ جَنّٰتُ الْفِرْدَوْسِ نُزُلًا ۝١٠٧

১০৮। তশেংবমক, অদুগুম্বা মীওইশিং অচুম্বা থাজরবা অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনখ্রবা, ফংগনি স্বর্গ লৈকোনশিং য়াতুংফম ওইনা,

خٰلِدِيْنَ فِيْهَا لَا يَبْغُوْنَ عَنْهَا حِوَلًا ۝١٠٨

১০৯। মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগনি; মখোই হোংদোকনীংলোই মফম অদুদগী।

قُلْ لَّوْ كَانَ الْبَحْرُ مِدَادًا لِّكَلِمٰتِ رَبِّيْ لَنَفِدَ الْبَحْرُ قَبْلَ اَنْ تَنْفَدَ كَلِمٰتُ رَبِّيْ وَلَوْ جِئْنَا بِمِثْلِهٖ مَدَدًا ۝١٠٩

১১০। হায়য়ু: "সমুদ্রনা মুক ওইরমলবসু (ইনবগী) ঐগী মপুগী ৱাহৈশিং, তশেংবমক সমুদ্র কংখিরমগনি ঐগী মপুগী ৱাহৈশিং (হৈবা) লোয়দরিঙৈদা, ঐখোইনা তিনশল্লমলবসু মদুগা মান্নবা অতোপ্পা সমুদ্র (তেংবাং ওইনা অহানবা সমুদ্রদা)।"

قُلْ اِنَّمَآ اَنَا بَشَرٌ مِّثْلُكُمْ يُوْحٰٓى اِلَيَّ اَنَّمَآ اِلٰهُكُمْ اِلٰهٌ وَّاحِدٌ ۚ فَمَنْ كَانَ يَرْجُوْا لِقَآءَ رَبِّهٖ فَلْيَعْمَلْ عَمَلًا صَالِحًا وَّلَا يُشْرِكْ بِعِبَادَةِ رَبِّهٖٓ اَحَدًا ۝١١٠

১১১। হায়য়ু (অমুকহন্না): "তশেংবমক ঐসে মীনি নখোইগুম্বা; ঐঙোন্দা ফোংদোকপিখ্রে মদুদি নখোইগী চীঙু লাইদি খুদা অমতনি (অনি শুদে)। মরমদুনা কনাগুম্বনা আশা তৌরবদি উনগে হায়না মহাক্কী মপু: মহাক লম্বীনগদবনি অফবা থবকশিং অমসুং পুশল্লোইদবনি (ৱাখলদা) কনাগুম্বা (খোয়ম লাই) অমতা মহাক্কী মপুগী বন্দগী তৌবদা।"

سُورَةُ مَرْيَمَ مَكِّيَّةٌ (١٩)

সূরহ ১৯ মরয়ম

(হিজরী মমাংদা থাখি আয়াত মশিং ৯৯ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। নহাকনা ওকলে অমসুং নহাকনা লমজিং-বনি, হে পুংখঙ-খঙবা, অচুম্বা শাকপান্নবা অল্লাহ! (অন্ত কাফী অন্ত হাদী য়া 'অলীমু য়া সাদিকু)।

كٓهٰيٰعٓصٓ ②

৩। মসি (হায়ফেৎ) নীংশিঙবনি নংগী মপুগী থৌজাল মহাক্কী মনাই নিপা জকরিয়য়াদা (তৌবিখিবগী)।

ذِكْرُ رَحْمَتِ رَبِّكَ عَبْدَهٗ زَكَرِيَّا ③

৪। মহাকনা কৌজখি মহাক্কী মপুবু তুমিন-তুমিন্না।

اِذْ نَادٰى رَبَّهٗ نِدَآءً خَفِيًّا ④

৫। মহাকনা হায়খিঃ "ঐগী মপুও! তশেংবমক ঐগী শরাশিং শোন্থরকখ্রে, অমসুং ঐগী কোক ভৌশ্রোক-ভৌনা পোক হৌখ্রে, তৌইগুম্বসুং ঐগী মপুও! কদৌনুংদসু ঐবু চানবিদবা তৌবিখিদরি হায়জ-নীজবদা নংঙোন্দা।

قَالَ رَبِّ اِنِّيْ وَهَنَ الْعَظْمُ مِنِّيْ وَاشْتَعَلَ الرَّاْسُ شَيْبًا وَّلَمْ اَكُنْۢ بِدُعَآئِكَ رَبِّ شَقِيًّا ⑤

৬। অদুগা ঐনা কিজে ঐগী (ধর্ম্ম চত্তবা) ঈ মরী থোকপশিংনা (তৌহৌগাদবদু) ঐগী তুংদা, করিনা হায়ববু ঐগী মলিকহদি চাবোক্তবীনি; মরমদুনা পীনবিয়ু ঐঙোন্দা ইহুৎ শীনবা অমা (ঐগী ঈদগী) নহাক্কী থৌজালনা,

وَاِنِّيْ خِفْتُ الْمَوَالِيَ مِنْ وَّرَآءِيْ وَكَانَتِ امْرَاَتِيْ عَاقِرًا فَهَبْ لِيْ مِنْ لَّدُنْكَ وَلِيًّا ⑥

৭। "অদুনা মহাক ওইনবা ৱারিস (মহুৎ শীনবা মী) ঐগী অমসুং ৱারিস য়াকুবকী ইমুংগী; অমসুং ওইহনবিয়ু মহাকপু, ঐগী মপুও! য়াবিথ্রবা নহাকনা।"

يَّرِثُنِيْ وَيَرِثُ مِنْ اٰلِ يَعْقُوْبَ ۖ وَاجْعَلْهُ رَبِّ رَضِيًّا ⑦

৮। (অল্লাহনা তাকপিখিঃ) "হে জকরিয়য়া! ঐখোইনা পীবিরি নংঙোন্দা হরাওবা পাও নচা নিপা অমা (পোক্কদৌব)গী মহাক্কী মমিংদি য়হয়া

يٰزَكَرِيَّآ اِنَّا نُبَشِّرُكَ بِغُلٰمِ ِۨاسْمُهٗ يَحْيٰى ۙ لَمْ نَجْعَلْ

لَهٗ مِنْ قَبْلُ سَمِيًّا ﴿٧﴾

(যোহান বাপ্টাইস তৌবিবা) কৌগনি। ঐখোইনা শেমখিদরি কনামতা মহাক্কী মমাংদা মমিং অদু কৌবা।"

قَالَ رَبِّ اَنّٰى يَكُوْنُ لِيْ غُلٰمٌ وَّكَانَتِ امْرَاَتِيْ عَاقِرًا وَّقَدْ بَلَغْتُ مِنَ الْكِبَرِ عِتِيًّا ﴿٨﴾

৯। মহাকনা হায়খি ঃ "ঐগী মপুও ! করম্না ঐনা পোক্কদৌরিবা ইচা নিপা অমা ঐগী মলিকহনা অখুংবী ওইরগা অমসুং ঐনা হনু কুরুক চনখ্রবদা ?"

قَالَ كَذٰلِكَ ۚ قَالَ رَبُّكَ هُوَ عَلَيَّ هَيِّنٌ وَّقَدْ خَلَقْتُكَ مِنْ قَبْلُ وَلَمْ تَكُ شَيْـًٔا ﴿٩﴾

১০। (ফরিশতহ পাও পুরকপনা) হায়খি ঃ অসুম্না (তৌগনি)। নংগী মপুনা হায় ঃ "মসি তরায়বনি ঐঙোন্দা, অমসুং তশেংবমক ঐনা শেমখি নংবু মমাংঙৈদা (অচৌবা নগুণ হাপ্পিদুনা), নং করিসু (শীংথানিঙঙাই) ওইদরিঙৈদা'

قَالَ رَبِّ اجْعَلْ لِّيْۤ اٰيَةً ۭ قَالَ اٰيَتُكَ اَلَّا تُكَلِّمَ النَّاسَ ثَلٰثَ لَيَالٍ سَوِيًّا ﴿١٠﴾

১১। মহাকনা হায়খি ঃ "ঐগী মপুও ! পীবিয়ু ঐঙোন্দা খুদম অমা (ঐগী অহল ওইরবী চাইরুং খজাই চপশিল্লক্লবী হকচাং ময়েং তারবী মলিকহবু নাও পুহনবিগনি হায়বসি ইপুকনিংদা অদুক থাজনবা)।" অল্লাহনা হায়বিখি ঃ "নংগী খুদমদি অসিনি ঃ নং ব্রা ঙাঙগনু মীঙোন্দা অহিং অহুম অমসুং নুংথিল অহুম থংন-থংননা।

فَخَرَجَ عَلٰى قَوْمِهٖ مِنَ الْمِحْرَابِ فَاَوْحٰۤى اِلَيْهِمْ اَنْ سَبِّحُوْا بُكْرَةً وَّعَشِيًّا ﴿١١﴾

১২। অদুগী তুংদা মহাক থোরকখি মহাক্কী মীশিং (গী মনাক)দা (মহাক্কী) কমরাদগী অমসুং হায়খি মখোইদা ইঙ্গিৎ তৌদুনা ঃ "শৈশকও (অল্লাহগী মতিক মঙাল) অয়ুক অমসুং নুমিদাংরাইদা।"

يٰيَحْيٰى خُذِ الْكِتٰبَ بِقُوَّةٍ ۭ وَاٰتَيْنٰهُ الْحُكْمَ صَبِيًّا ﴿١٢﴾

১৩। (মচা নিপাদা য়াথংনবিখি ঃ) "হে য়হয়া ! লৌও কিতাবদু নপাঙ্গল পুম্নমক য়াওনা।" অদুগা ঐখোইনা পীখি মহাকপু লৌশিং অঙাং অপিশব ওইরিঙৈদা,

وَّحَنَانًا مِّنْ لَّدُنَّا وَزَكٰوةً ۭ وَكَانَ تَقِيًّا ﴿١٣﴾

১৪। অমসুং নুংশিহৈবা ঐখোইমক্তদগী অমসুং (পুকচেন) শেংবা ; অমসুং মহাক ওইখি পুণ্য লৈবা,

وَّبَرًّا بِوَالِدَيْهِ وَلَمْ يَكُنْ جَبَّارًا عَصِيًّا ﴿١٤﴾

১৫। অমসুং লীচৎ ফজনা চৎখি মপা মমাদা, অমসুং মহাক চাউথোকখিদে অমসুং তৌখিদে হায়বা ইন্দবা।

وَسَلٰمٌ عَلَيْهِ يَوْمَ وُلِدَ وَيَوْمَ يَمُوْتُ وَيَوْمَ يُبْعَثُ حَيًّا ﴿١٥﴾

১৬। অদুগা অঙ্গংবা (অমসুং নুংঙাইবা) লৈখি মহাক্কী মথক্তা মহাক পোকখিবা নুমিত্তা অমসুং মহাকনা শিখিবা নুমিত্তা, অমসুং (অঙ্গংবা লৈগনি মহাক্কী মথক্তা) মহাকনা শিবদগী অমুক হিংগৎকদবা নুমিত্তা।

২ শুবা রুকূ

وَاذْكُرْ فِي الْكِتٰبِ مَرْيَمَ ۘ إِذِ انْتَبَذَتْ مِنْ أَهْلِهَا مَكَانًا شَرْقِيًّا ﴿١٦﴾

১৭। অদুগা লীবিয়ু (ৱারী) মরয়মগী কিতাব (অসি)দা তাকথোকলিবদু। মহাক তোঙান্না লৈখ্রবা মতমদা মহাক্কী মীশিংদগী নোংপোকথংবা য়ুম অমদা,

فَاتَّخَذَتْ مِنْ دُوْنِهِمْ حِجَابًا ۚ فَأَرْسَلْنَا إِلَيْهَا رُوْحَنَا فَتَمَثَّلَ لَهَا بَشَرًا سَوِيًّا ﴿١٧﴾

১৮। অমসুং পর্দা খনজনখি মহাকমক মখোইদগী মতমদুদা ঐখোইনা থাবিখি ঐখোইগী ফরিশতহ মঙোন্দা, অমসুং মহাকনা উহনবিখি মঙোন্দা মী অমগী শকওংদা।

قَالَتْ إِنِّيْ أَعُوْذُ بِالرَّحْمٰنِ مِنْكَ إِنْ كُنْتَ تَقِيًّا ﴿١٨﴾

১৯। মরয়মনা হায়খিঃ "ঐনা নীজরি মতেং থৌজালবিহেবা (অল্লাহ)দগী ঙাকপিনবগী নংঙোন্দগী, নংনা তশেংবমক কিরবদি (মহাকপু)।"

قَالَ إِنَّمَا أَنَا رَسُوْلُ رَبِّكِ ۖ لِأَهَبَ لَكِ غُلٰمًا زَكِيًّا ﴿١٩﴾

২০। মহাকনা পাওখুমখিঃ "ঐসে দুতনি নংগী মপুগী, ঐ (লাকচরি) পীনবা নংঙোন্দা ধর্ম্ম চেনবা নচা নিপা অমা।"

قَالَتْ أَنّٰى يَكُوْنُ لِيْ غُلٰمٌ وَّلَمْ يَمْسَسْنِيْ بَشَرٌ وَّلَمْ أَكُ بَغِيًّا ﴿٢٠﴾

২১। মরয়মনা হায়খিঃ করম্না ঐনা পোক্ত দৌরিবা ইচা নিপা অমা মী কনামতনা ঐবু (ইশা) শোক্তরিঙেদা, নত্রগা ঐ লমচত্তা ওক্তবী অমসু ওইদ্রগা?"

قَالَ كَذٰلِكِ ۚ قَالَ رَبُّكِ هُوَ عَلَيَّ هَيِّنٌ ۚ وَلِنَجْعَلَهٗ آيَةً

২২। ফরিশতহনা পাওখুম্বিখিঃ "অসুম্না মসি থোক্কনি।" তৌইগুম্বসুং নংগী মপুনা হায়ঃ "মসি ঐঙোন্দা তরায়বনিঃ অমসুং (ঐখোইনা তৌবিগনি হায়রিবা মওংদা) অদুনা ঐখোইনা ওইহন্নবা

তِلنَّاسِ وَرَحْمَةً مِّنَّا ۚ وَكَانَ أَمْرًا مَّقْضِيًّا ﴿٢١﴾

মহাকপু খুদম অমা মীশিংদা অমসুং থৌজাল অমা ওইনা ঐখোইদগী। অদুগা মসি নোংদমবিখ্রবনি।"

فَحَمَلَتْهُ فَانتَبَذَتْ بِهِ مَكَانًا قَصِيًّا ﴿٢٢﴾

২৩। মরম অদুনা মহাকনা গর্ভ পুখ্রে মহাকপু অমসুং চখোকখ্রে মহাক্কা লোয়ননা অরাপ্পা মফম অমদা।

فَأَجَاءَهَا الْمَخَاضُ إِلَىٰ جِذْعِ النَّخْلَةِ قَالَتْ يَا لَيْتَنِي مِتُّ قَبْلَ هَٰذَا وَكُنتُ نَسْيًا مَّنسِيًّا ﴿٢٣﴾

২৪। অদুগা চাবোকপগী নাওয়েক নাওশংনা নমদুনা চঙহল্লম্মী মহাকপু খজুর পাম্বী অমদা (কোন্নবগী)। মহাকনা হায়খি: "আ:! ঐবু শিজরমলবদি মসিগী মমাংদা অমসুং ওইজরম-লবদি পোৎ অমা পুমকাও-কাওনখ্রবা!"

فَنَادَاهَا مِن تَحْتِهَا أَلَّا تَحْزَنِي قَدْ جَعَلَ رَبُّكِ تَحْتَكِ سَرِيًّا ﴿٢٤﴾

২৫। মতম অদুদা (খোঞ্জেন অমনা) কৌরকখি মহাকপু মতুংরোমদগী (অসি হায়দুনা): "য়াগনু, নংগী মপুনা থম্বিখ্রে ঈফুৎ অমা নংগী মখা (লোইরোই ঙমথবা মফম)দা;

وَهُزِّي إِلَيْكِ بِجِذْعِ النَّخْلَةِ تُسَاقِطْ عَلَيْكِ رُطَبًا جَنِيًّا ﴿٢٥﴾

২৬। "অমসুং নং (কোনশল্লগা) নোম্মু খজুর পাম্বীদু, অদুদা প্রোপ-প্রোপ কেল্লক্কনি অমুনবা খজুরশিং নংগী নথক্তা।

فَكُلِي وَاشْرَبِي وَقَرِّي عَيْنًا ۖ فَإِمَّا تَرَيِنَّ مِنَ الْبَشَرِ أَحَدًا فَقُولِي إِنِّي نَذَرْتُ لِلرَّحْمَٰنِ صَوْمًا فَلَنْ أُكَلِّمَ الْيَوْمَ إِنسِيًّا ﴿٢٦﴾

২৭। "মরম অদুনা চাও অমসুং থকও (ঈফুৎকী অঙংবা ঈশিংদু) অমসুং নমিৎ পেন্না হরাওজৌ (নিংথীজবা অঙাংদু উবদা); অদুগা নংনা উরবদি কনাগুম্বা মী অমা, হায়যু (মঙোন্দা): ঐ য়াশকখ্রে রোজহ তৌবগী থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)দা; মরমদুনা ঐ য়া ঙাঙ-শকলোই ঙসি নুমিত্তা কনাগুম্বা মী অমদা।"

فَأَتَتْ بِهِ قَوْمَهَا تَحْمِلُهُ ۖ قَالُوا يَا مَرْيَمُ لَقَدْ جِئْتِ شَيْئًا فَرِيًّا ﴿٢٧﴾

২৮। অদুগী তুংদা মহাক লাকখি মহাক্কী মীশিংগী মনাক্তা পুরদুনা মহাকপু। অদুগা মখোইনা হায়খি: "হে মরয়ম! নংনা পুরকখ্রে অঙকপা পোৎ অমা!

يَا أُخْتَ هَارُونَ مَا كَانَ أَبُوكِ امْرَأَ سَوْءٍ وَمَا كَانَتْ أُمُّكِ بَغِيًّا ﴿٢٨﴾

২৯। "হে মচন ইবেম্মা হারুনগী! নংগী পাথৌদু ওইখিদে ফত্তবা মী অমা নত্ত্রগা নংগী পাল্লেমসু ওইখিদে নিপাদা ওক্তবী!"

৩০। মতমদুদা মহাকনা ইঙ্গিত তৌখি (মচা নিপা) মহাকপু (পাওখুম পীনবগী মখোইদা)। অদুদা মখোইনা "করম্না ঐখোইনা ব্রা ভাঙগনি নাওশুমদা লৈরিবা অঙাং অমদা ?"

فَأَشَارَتْ إِلَيْهِ قَالُوا كَيْفَ نُكَلِّمُ مَنْ كَانَ فِي الْمَهْدِ صَبِيًّا ۝٣٠

৩১। (ঈসা) মহাকনা পাওখুমলকখিঃ "ঐসে মনাই অমনি অল্লাহগী। মহাকনা পীবি ঐঙোন্দা কিতাব অমসুং ওইহল্লি ঐবু নবী অমা.

قَالَ إِنِّي عَبْدُ اللَّهِ آتَانِيَ الْكِتَابَ وَجَعَلَنِي نَبِيًّا ۝٣١

৩২। "অমসুং মহাকনা পীবি ঐঙোন্দা য়াইফবা ঐনা লৈবা-লৈবা মফমদা অমসুং য়াথংনবি ঐবু নমাজ অমসুং জকাত ঐনা হিংলিবমখে।

وَجَعَلَنِي مُبَارَكًا أَيْنَ مَا كُنْتُ وَأَوْصَانِي بِالصَّلَاةِ وَالزَّكَاةِ مَا دُمْتُ حَيًّا ۝٣٢

৩৩। "অদুগা মহাকনা ঐবু মথৌ খঙহনবি ঐগী অপোকপীদা অমসুং মহাকনা ওইহনবিদে ঐবু লমকেৎ লমহাইবা নত্তগা লমচৎ নাইদবা।

وَبَرًّا بِوَالِدَتِي وَلَمْ يَجْعَلْنِي جَبَّارًا شَقِيًّا ۝٣٣

৩৪। "অদুগা অঙ্গংবা লৈখি ঐগী ইথক্তা ঐনা পোকখিবা নুমিত্তা অমসুং (অঙ্গংবা লৈগনি ঐগী ইথক্তা) ঐনা শিগদবা নুমিত্তা অমসুং নুমিৎ অদুদা ঐনা শিবদগী অমুক হিংগৎলক্কদবা।"

وَالسَّلَامُ عَلَيَّ يَوْمَ وُلِدْتُ وَيَوْمَ أَمُوتُ وَيَوْمَ أُبْعَثُ حَيًّا ۝٣٤

৩৫। (ইতিহাস) অসিগুম্বনি ঈসাগী মরয়মগী মচা নিপাদু। (মসি) অচুম্বা ফোংদোকপনি মসিগী মরমদা (পাইমা ঈরৈচল) মখোইনা চীন্দান্নদুনা খৎনৈ।

ذَٰلِكَ عِيسَى ابْنُ مَرْيَمَ قَوْلَ الْحَقِّ الَّذِي فِيهِ يَمْتَرُونَ ۝٣٥

৩৬। মসি মতিক চাদবনি মদুদি (শক্তি পুম্নমক লৈবা) অল্লাহনা পোক্কনি মচা নিপা অমা। অশেংবনি মহাক্তি মহাকনা তৌনীংলকপদা থবক অমা, মহাকনা হায়ঃ "ওইয়ু!" অমসুং মদু হেক্তমক ওই।

مَا كَانَ لِلَّهِ أَنْ يَتَّخِذَ مِنْ وَلَدٍ ۖ سُبْحَانَهُ ۚ إِذَا قَضَىٰ أَمْرًا فَإِنَّمَا يَقُولُ لَهُ كُنْ فَيَكُونُ ۝٣٦

৩৭। (য়েংউ! ঈসানা হায়খিঃ) "অদুগা তশেংবমক অল্লাহদি ঐগী মপুনি অমসুং নখোইগীসু মপুনি, মরম অদুনা ভক্তি কৎলু মহাক্তগী। মসি অচুম্বা লম্বীনি।"

وَإِنَّ اللَّهَ رَبِّي وَرَبُّكُمْ فَاعْبُدُوهُ ۚ هَٰذَا صِرَاطٌ مُسْتَقِيمٌ ۝٣٧

৩৮। তৌইগুম্বসুং (সম্প্রদায়িক পুকচেন চেনবা) কাঙলুপশিংনা মত তিম্নখিদে মখোই মশেল-

فَاخْتَلَفَ الْأَحْزَابُ مِنْ بَيْنِهِمْ ۖ فَوَيْلٌ لِلَّذِينَ

كَفَرُوْا مِنْ مَّشْهَدِ يَوْمٍ عَظِيْمٍ ﴿٣٧﴾

মক্তুদা; মরমদুনা অরাবগী মশকনি অচুম্বা থাজদবশিংদো, মখোইগী থেংনগদবদু অচৌবা নুমিৎ অমদা।

اَسْمِعْ بِهِمْ وَاَبْصِرْ يَوْمَ يَاْتُوْنَنَا لٰكِنِ الظّٰلِمُوْنَ الْيَوْمَ فِيْ ضَلٰلٍ مُّبِيْنٍ ﴿٣٨﴾

৩৯। কয়া শেংনা-লানা মখোইনা তাগদবা অমসুং উগদবা নুমিৎ অদুদা মখোইনা লাকপদা ঐখোইগী ইনাক্তা! তৌইগুম্বসুং ফত্তরম লম্বীন-বশিংদো ঙসি তশেং-তশেংনা লমযে-খোঙফম্নবনি।

وَاَنْذِرْهُمْ يَوْمَ الْحَسْرَةِ اِذْ قُضِيَ الْاَمْرُ وَهُمْ فِيْ غَفْلَةٍ وَّهُمْ لَا يُؤْمِنُوْنَ ﴿٣٩﴾

৪০। অদুগা মাংজৌননা চেকশনহল্লু মখোইবু (লাকদৌরিবা) অরাবগী নুমিৎ অদুগী, মদুদা ঐখোইগী রায়েল বিচার তৌবিগনি। তৌইগুম্বসুং (হৌজিক অফ-শাজনীংবা) মখোই (লুফেৎ-লুফেৎ) ঈরাক্লরি থৌওই রাওইদবদা অমসুং মখোই অচুম্বা থাজদে।

اِنَّا نَحْنُ نَرِثُ الْاَرْضَ وَمَنْ عَلَيْهَا وَاِلَيْنَا يُرْجَعُوْنَ ﴿٤٠﴾

৪১। তশেংবমক (জগৎ লৈশেম-নুংশেম্বা) ঐখোইসে স্বত্ব ফংগনি পৃথিবী অমসুং মদুগী মথক্তা লৈবা (পুম্নামক)গী অমসুং ঐখোইদা মখোই (পুম্নমক) হল্লক্কনি।

৩ শুবা রুকূ

وَاذْكُرْ فِي الْكِتٰبِ اِبْرٰهِيْمَ اِنَّهٗ كَانَ صِدِّيْقًا نَّبِيًّا ﴿٤١﴾

৪২। অদুগা নীংশিঙু ইব্রাহীম (গী রারী) কিতাব (অসি)দা তাকথোকলিবদু। তশেংবমক মহাক অচুম্বা শকপান্নবা নবী ওইরম্মী।

اِذْ قَالَ لِاَبِيْهِ يٰۤاَبَتِ لِمَ تَعْبُدُ مَا لَا يَسْمَعُ وَلَا يُبْصِرُ وَلَا يُغْنِيْ عَنْكَ شَيْـًٔا ﴿٤٢﴾

৪৩। য়েংঙু! মহাকনা হায়খি মহাক্কী মপাবুংদা: "পাবুং! করি মরমগী নংনা ভক্তি কৎপগে মনাকোংনা তাবা ঙমদবা অমসুং মমিৎনা উবা ঙমদবা নত্রগা নংঙোন্দা কান্নবা পীবা ঙমদবা অদুবু?

يٰۤاَبَتِ اِنِّيْ قَدْ جَآءَنِيْ مِنَ الْعِلْمِ مَا لَمْ يَاْتِكَ فَاتَّبِعْنِيْۤ اَهْدِكَ صِرَاطًا سَوِيًّا ﴿٤٣﴾

৪৪। "পাবুং! তশেংবমক ঐঙোন্দা পীবিখ্রে জ্ঞান পীখিদবদু নংঙোন্দা: মরমদুনা (নং) ইল্লু ঐগী ইতুং, ঐনা লমজিংবিনি নহাকপু চুমদ্রিং-চুম্বা লম্বীদা।

يَاَبَتِ لَا تَعۡبُدِ الشَّيۡطٰنَ ؕ اِنَّ الشَّيۡطٰنَ كَانَ لِلرَّحۡمٰنِ عَصِيًّا ﴿۴۴﴾

৪৫। "পাবুং! থৌগল তৌগনু শৈতানগী। তশেংবমক শৈতানদি লালহৌবনি থৌজাল-বিহৈবা (অল্লাহ)দা।

يَاَبَتِ اِنِّىۡۤ اَخَافُ اَنۡ يَّمَسَّكَ عَذَابٌ مِّنَ الرَّحۡمٰنِ فَتَكُوۡنَ لِلشَّيۡطٰنِ وَلِيًّا ﴿۴۵﴾

৪৬। "পাবুং! তশেংবমক ঐনা কিজেএ থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)দগী ৱায়েল-চৈরাক অমনা ফাবিখিবা য়াই নংবু, অদুনা নং ওইখিবা য়াই মরূপ অমা শৈতানগী।"

قَالَ اَرَاغِبٌ اَنۡتَ عَنۡ اٰلِهَتِىۡ يٰۤـاِبۡرٰهِيۡمُ‌ ۚ لَـئِنۡ لَّمۡ تَنۡتَهِ لَاَرۡجُمَنَّكَ‌ وَاهۡجُرۡنِىۡ مَلِيًّا ﴿۴۶﴾

৪৭। (মপাবুং) মহাকনা পাওখুমখিঃ "নংনা নমায় ওথোকলব্রা ঐগী খোয়ম লাইশিংদগী, হে ইব্রাহীম! নংনা তোক্তরবদি, ঐনা শোয়দনমক ককথৎপিগনি মরী পুম্নমক নংগা। (হৌজিক) নং চথোকখ্রো ঐঙোন্দগী মতম খরা কুইনা।"

قَالَ سَلٰمٌ عَلَيۡكَ‌ ۚ سَاَسۡتَغۡفِرُ لَـكَ رَبِّىۡ‌ ؕ اِنَّهٗ كَانَ بِىۡ حَفِيًّا ﴿۴۷﴾

৪৮। ইব্রাহীমনা হায়খিঃ অঙৗংবা লৈহনবিসনু নংগী নথক্তা। (হৌজিক) ঐনা হায়জবিগনি ঐগী মপুদা ঙাকপিনবগী নহাকপু। তশেংবমক মহাক্তি থৌজালবিহৈবনি ঐঙোন্দা।

وَاَعۡتَزِلُكُمۡ وَمَا تَدۡعُوۡنَ مِنۡ دُوۡنِ اللّٰهِ وَاَدۡعُوۡا رَبِّىۡ ‌ۖ عَسٰٓى اَلَّاۤ اَكُوۡنَ بِدُعَآءِ رَبِّىۡ شَقِيًّا ﴿۴۸﴾

৪৯। অদুগা ঐ থায়দোকখিগনি নংঙোন্দগী অমসুং নংনা (লূনা নীংদুনা) কৌজরিবা অল্লাহ নত্তবা অদুদগী, অমসুং ঐনা (পুকচেন শেংনা) কৌজগনি ঐগী মপুবু। অদুগা ঐনা কৌজবদা ঐগী মপুবু ঐবু নীংবা কায়হনবিদবসু য়াই।

فَلَمَّا اعۡتَزَلَهُمۡ وَمَا يَعۡبُدُوۡنَ مِنۡ دُوۡنِ اللّٰهِ ۙ وَهَبۡنَا لَهٗۤ اِسۡحٰقَ وَيَعۡقُوۡبَ‌ ؕ وَكُلًّا جَعَلۡنَا نَبِيًّا ﴿۴۹﴾

৫০। মরম অদুনা মহাকনা তোথায়থোকখ্রবদা (মপাবুং) মঙোন্দগী অমসুং মখোইনা ঈরাৎ-পূজা তৌরিবা অল্লাহ নত্তবা অদুদগী, ঐখোইনা পীবিখি মঙোন্দা ইসহাক (মচানিপা) অমসুং য়াকুব (মশু নিপা); অমসুং মখোই খুদিংবু ঐখোইনা ওইহনবিখি নবী।

وَوَهَبۡنَا لَهُمۡ مِّنۡ رَّحۡمَتِنَا وَجَعَلۡنَا لَهُمۡ لِسَانَ صِدۡقٍ عَلِيًّا ﴿۵۰﴾

৫১। অদুগা ঐখোইনা পীবিখি মখোইবু ঐখোইগী থৌজাল অমসুং ঐখোইনা শরুকুহনবিখি মখোইবু অচুম্বা (অমসুং লোম্বা নাইদবা) মিংচৎ।

৪ শুবা রুকু

وَاذْكُرْ فِي الْكِتٰبِ مُوْسٰىٓ اِنَّهٗ كَانَ مُخْلَصًا وَّكَانَ رَسُوْلًا نَّبِيًّا ﴿۵۱﴾

৫২। অদুগা নীংশিঙবু মুসা (গী ৱারী) কিতাব (অসি)দা তাকথোকলিবদু। তশেংবমক মহাক ওইখি অখন্নবা (নাই) অমা, অমসুং মহাক ওইখি রসুল অমা, নবী অমা।

وَنَادَيْنٰهُ مِنْ جَانِبِ الطُّوْرِ الْاَيْمَنِ وَقَرَّبْنٰهُ نَجِيًّا ﴿۵۲﴾

৫৩। অদুগা ঐখোইনা কৌবিখি মহাকপু তুর (সিনাই)গী য়েৎথংবা নাপোমদগী অমসুং ঐখোইনা নকশনহনবিখি মহাকপু ঐখোইগী ইনাক্তা (খোইদোকপা) ৱারী শানবগী।

وَوَهَبْنَا لَهٗ مِنْ رَّحْمَتِنَآ اَخَاهُ هٰرُوْنَ نَبِيًّا ﴿۵۳﴾

৫৪। অদুগা ঐখোইনা পীবিখি মহাকপু, ঐখোইগী কৃপাদগী, মহাক্কী ময়াম্বা হারুনবু নবী অমা ওইনা (তেংবাংনবগী মহাক্কী পাওজেন্দা)।

وَاذْكُرْ فِي الْكِتٰبِ اِسْمٰعِيْلَ اِنَّهٗ كَانَ صَادِقَ الْوَعْدِ وَكَانَ رَسُوْلًا نَّبِيًّا ﴿۵۴﴾

৫৫। অদুগা নীংশিঙবু ইসমাঈল (গী ৱারী) কিতাব (অসি)দা তাকথোকলিবদু। তশেংবমক মহাক ৱাশক কায়দবনি অমসুং মহাক ওইখি রসুল অমা, নবী অমা।

وَكَانَ يَاْمُرُ اَهْلَهٗ بِالصَّلٰوةِ وَالزَّكٰوةِ وَكَانَ عِنْدَ رَبِّهٖ مَرْضِيًّا ﴿۵۵﴾

৫৬। অদুগা মহাকনা য়াথংনবিখি মহাক্কী মীশিংবু নমাজ তৌনবগী অমসুং জকাত পীনবগী, অমসুং মহাকপু য়াবিখি মহাক্কী মপুনা।

وَاذْكُرْ فِي الْكِتٰبِ اِدْرِيْسَ اِنَّهٗ كَانَ صِدِّيْقًا نَّبِيًّا ﴿۵۶﴾

৫৭। অদুগা নীংশিঙবু ইদরীস (কী-ৱারী) কিতাব (অসি)দা তাকথোকলিবদু। তশেংবমক মহাক অচুম্বা শকপান্নবনি, নবীনি।

وَّرَفَعْنٰهُ مَكَانًا عَلِيًّا ﴿۵۷﴾

৫৮। অদুগা ঐখোইনা থাংগৎপিখি মহাকপু অৱাংবা থাকদা।

اُولٰٓئِكَ الَّذِيْنَ اَنْعَمَ اللّٰهُ عَلَيْهِمْ مِّنَ النَّبِيّٖنَ مِنْ ذُرِّيَّةِ اٰدَمَ وَمِمَّنْ حَمَلْنَا مَعَ نُوْحٍ وَّمِنْ ذُرِّيَّةِ اِبْرٰهِيْمَ وَاِسْرَآءِيْلَ وَمِمَّنْ هَدَيْنَا وَاجْتَبَيْنَا

৫৯। মখোইসিগী মথক্তা অল্লাহনা পীনখ্রবনি মহাক্কী থৌজালশিং নবীশিংগী মরক্তগী, আদমগী মচা-মশুশিংদগী, অমসুং নূহগা লোয়নননা (মহাক্কী হীজাওদা) ঐখোইনা পুবিখিবশিংদগী, অমসুং ইব্রাহীম অমসুং ইস্রাঈলগী মচা-মশুশিংদগী, অমসুং ঐখোইনা লমজিংবিখিবা অমসুং খনগৎ-পিখিবশিংদগী। থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)গী পাওজেনশিং থীথখিবদা মখোইদা, মখোইনা তুথজখি (খুরু খুদক্তা) সজদহ তৌবগী অমসুং

إِذَا تُتْلَىٰ عَلَيْهِمْ آيَاتُ الرَّحْمَٰنِ خَرُّوا سُجَّدًا وَبُكِيًّا ۩ ﴿٥٩﴾

সজদাহ

তরং লাইজা শীথখি (মিৎলু নাপোমদগী)।

فَخَلَفَ مِنْ بَعْدِهِمْ خَلْفٌ أَضَاعُوا الصَّلَاةَ وَاتَّبَعُوا الشَّهَوَاتِ ۖ فَسَوْفَ يَلْقَوْنَ غَيًّا ﴿٦٠﴾

৬০। মথংদা লাকখি মখোইগী মতুংদা (ফত্তবা) মীরোন অমা মখোইনা থৌওইখিদে নমাজ অমসুং খুশী তৌখি ইন্দ্রিগী অপাম্বশিং; মরমদুনা মখোই শরুক্কগনি অমাঙবা,

إِلَّا مَنْ تَابَ وَآمَنَ وَعَمِلَ صَالِحًا فَأُولَٰئِكَ يَدْخُلُونَ الْجَنَّةَ وَلَا يُظْلَمُونَ شَيْئًا ﴿٦١﴾

৬১। নত্তনা মখোইদোঃ মপাপ হায়দোকচবা অমসুং অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনবা। মখোইসি চঙগনি স্বর্গ লৈকোন্দা অমসুং মখোইবু লান্না করিসু তৌবিরোই—

جَنَّاتِ عَدْنٍ الَّتِي وَعَدَ الرَّحْمَٰنُ عِبَادَهُ بِالْغَيْبِ ۚ إِنَّهُ كَانَ وَعْدُهُ مَأْتِيًّا ﴿٦٢﴾

৬২। মতম চুপ্পা নুংঙাইদুনতা লৈরগদৌবা লৈকোন্দা, মদু থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)না রাশকপিত্রবনি মহাক্কী মনাইশিংদা (মখোইনা) উদ-খঙদবদা। তশেংবমক, মহাক্কী রাশক্তি শোয়দনমক পুরা তৌবিগনি।

لَا يَسْمَعُونَ فِيهَا لَغْوًا إِلَّا سَلَامًا ۖ وَلَهُمْ رِزْقُهُمْ فِيهَا بُكْرَةً وَعَشِيًّا ﴿٦٣﴾

৬৩। মখোই তাররোই মদুগী মনুংদা রারেম অমতা (তরাম-তরাম্না ওকপগী) 'সলাম' নত্তনা। অদুগা মখোই ফংগনি মচিঞ্জাক মদুগী মনুংদা, অযুক অমসুং নুমিদাংরাইদা।

تِلْكَ الْجَنَّةُ الَّتِي نُورِثُ مِنْ عِبَادِنَا مَنْ كَانَ تَقِيًّا ﴿٦٤﴾

৬৪। অসিগুম্বনি স্বর্গ লৈকোন ঐখোইনা পীবিগ্ৎদৌরিবদু স্বত্ব ওইনা ঐখোইগী ইনাই-শিংগী মরক্তগী ধর্ম্ম লৈবশিংদা।

وَمَا نَتَنَزَّلُ إِلَّا بِأَمْرِ رَبِّكَ ۖ لَهُ مَا بَيْنَ أَيْدِينَا وَمَا خَلْفَنَا وَمَا بَيْنَ ذَٰلِكَ ۚ وَمَا كَانَ رَبُّكَ نَسِيًّا ﴿٦٥﴾

৬৫। (ফরিশতহশিংনা হায়বিগনি মখোইদাঃ) ঐখোই কুমথরক্তে (নখোইদাঃ) নখোইগী মপুগী ময়াথং নত্তনা। মহাক্কীঙাকনি ঐখোইগী মাংদা লৈরিবমখে অমসুং ঐখোইগী তুংদা লৈরিবমখে অমসুং (অনিসিগী) মরক্তা লৈরিবমখেসু। অদুগা নংগী মপুনা কদৌনুংদসু কাওথোকপিদে।

رَبُّ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ وَمَا بَيْنَهُمَا فَاعْبُدْهُ وَاصْطَبِرْ لِعِبَادَتِهِ ۚ هَلْ تَعْلَمُ لَهُ سَمِيًّا ﴿٦٦﴾

৬৬। মহাক মপুনি আসমান অমসুং পৃথিবীগী অমসুং অনিসিগী মরক্তা লৈবশিংগীসু। মরমদুনা থৌগল তৌ মহাক্কী অমসুং অখাংকন্নু মহাক্কী থৌগলদা। নং খঙব্রা মহাক্কা লেংমান্নবা কনাগুম্বা অমা?

৫ শুবা রুকূ

৬৭। (অচুম্বা য়াদবা) মীনা হায়ঃ "করি! ঐনা শিখ্রবদা, ঐবু অমুক হিংগৎহনবিগদৌরিব্রা ?"

وَيَقُولُ الْإِنسَانُ أَإِذَا مَا مِتُّ لَسَوْفَ أُخْرَجُ حَيًّا ۝٦٦

৬৮। মীনা নীংশিঙদব্রা ঐখোইনা শেম-শাবিখি মহাকপু হান্নবা, মহাক করিস্য ওইদরিঙেদা ?

أَوَلَا يَذْكُرُ الْإِنسَانُ أَنَّا خَلَقْنَاهُ مِن قَبْلُ وَلَمْ يَكُ شَيْئًا ۝٦٧

৬৯। মরমদুনা নংগী মপুগী কসমনি, ঐখোইনা শোয়দনমক জমা তৌশনবিগনি মখোইবু পুল্লপ্লা, অমসুং শৈতানশিংবুস্য; অদুগী তুংদা ঐখোইনা পুবিরক্কনি মখোইবু নরক্কী অকোয়বদা খুরু খুদক কুনহন্দুনা।

فَوَرَبِّكَ لَنَحْشُرَنَّهُمْ وَالشَّيَاطِينَ ثُمَّ لَنُحْضِرَنَّهُمْ حَوْلَ جَهَنَّمَ جِثِيًّا ۝٦٨

৭০। মসিগী মতুংদা ঐখোইনা খনগৎপিগনি কাঙলুপ খুদিংদগী, খ্নাইদগী হেন্না লাকঙমদবা লালহৌবশিং থৌজালবিহেবা (অল্লাহ)গী মায়োক্তা।

ثُمَّ لَنَنزِعَنَّ مِن كُلِّ شِيعَةٍ أَيُّهُمْ أَشَدُّ عَلَى الرَّحْمَٰنِ عِتِيًّا ۝٦٩

৭১। অদুনা ঐখোইনা শোয়দনমক খঙই অদুগুম্বা মীওইশিং খ্নাইদগী হেন্না মতিকচাবা চাকথেক-হনবদা মদুগী মনুংদা।

ثُمَّ لَنَحْنُ أَعْلَمُ بِالَّذِينَ هُمْ أَوْلَىٰ بِهَا صِلِيًّا ۝٧٠

৭২। অদুগা নখোই (পাপী) কনামতা লাক্তবা লৈরোই মদুদা। মসি লেপত্রবা হুকুমনি নংগী মপুগী।

وَإِن مِّنكُمْ إِلَّا وَارِدُهَا ۚ كَانَ عَلَىٰ رَبِّكَ حَتْمًا مَّقْضِيًّا ۝٧١

৭৩। অদুগী মতমদা ঐখোইনা ঙাকপিগনি পুণ্য লৈবশিংবু অমসুং থাদোকপিগনি অরানবা লম্বীনবশিংবু মদুগী মনুংদা, খুরু খুদক কুনহন্দুনা।

ثُمَّ نُنَجِّي الَّذِينَ اتَّقَوا وَّنَذَرُ الظَّالِمِينَ فِيهَا جِثِيًّا ۝٧٢

৭৪। অদুগা ঐখোইগী তশেং-তশেংবা পাওজেলশিং প্রীথখিবদা মখোইদা, লমযে-খোঙফম্নবশিংনা হায় অচুম্বা থাজবশিংদাঃ "খুৎপু অনিসিগী মরক্তা কনানা হেনবা ফিবমদা অমসুং কনানা চীং-লেম্বা সভা (তিনব)দা ?"

وَإِذَا تُتْلَىٰ عَلَيْهِمْ آيَاتُنَا بَيِّنَاتٍ قَالَ الَّذِينَ كَفَرُوا لِلَّذِينَ آمَنُوا أَيُّ الْفَرِيقَيْنِ خَيْرٌ مَّقَامًا وَأَحْسَنُ نَدِيًّا ۝٧٣

৭৫। অদুগা মীরোন কয়া ঐখোইনা মাঙহনবিখ্রবা মখোইগী মমাংদা, মখোইদুনা য়াম্না হেনখিবনি (মখোইসিদগী) মরন-মথুমদা অমসুং শক-উৎপদা!

وَكَمْ أَهْلَكْنَا قَبْلَهُم مِّن قَرْنٍ هُمْ أَحْسَنُ أَثَاثًا وَرِئْيًا ۝٧٤

قُلْ مَنْ كَانَ فِى الضَّلٰلَةِ فَلْيَمْدُدْ لَهُ الرَّحْمٰنُ مَدًّا ۚ حَتّٰٓى إِذَا رَاَوْا مَا يُوْعَدُوْنَ إِمَّا الْعَذَابَ وَإِمَّا السَّاعَةَ ۗ فَسَيَعْلَمُوْنَ مَنْ هُوَ شَرٌّ مَّكَانًا وَّاَضْعَفُ جُنْدًا ﴿٧٥﴾

৭৬। (নং) হায়য়ুঃ কনাগুম্বনা লমথৈ-খোঙফম্নরবদি, থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)না পী খরা শাংনা পোখাবা, মখোইনা উদ্রিবা ফাওবা মখোইবু কিহনবিখিবা অদু— মদু (মরক্কী ওইবা) চৈরাক ওইরবসু নত্রগা (মহাপ্রলয়গী অরোয়বা) পুংফম ওইরবসু—মতমদুদা মখোইনা খঙলক্কনি কনানা হেন্না ফিবম ফত্তবা অমসুং পাঙ্গল হেন্না শোংথবা।

وَيَزِيْدُ اللّٰهُ الَّذِيْنَ اهْتَدَوْا هُدًى ۗ وَالْبٰقِيٰتُ الصّٰلِحٰتُ خَيْرٌ عِنْدَ رَبِّكَ ثَوَابًا وَّخَيْرٌ مَّرَدًّا ﴿٧٦﴾

৭৭। অদুগা অল্লাহনা হেনগৎহল্লি লমজিং অচুম্বা লম্বীনবশিংগী। অদুগা অফবা থবকশিং তুং কোইনা লৈহৌগদবনা ফবা হেল্লি নংগী মপুগী মিৎয়েংদা (তাইবঙ মাল-চাংদগী) মনা-মথিন ওইনা অমসুং ফবা হেল্লি উপায়দা।

اَفَرَءَيْتَ الَّذِىْ كَفَرَ بِاٰيٰتِنَا وَقَالَ لَاُوْتَيَنَّ مَالًا وَّوَلَدًا ﴿٧٧﴾

৭৮। নং উখিদ্রবা অদুগুম্বা মীওই মহাকনা থাজদে ঐখোইগী পাওজেনশিংদা (মথম্মোই তাংখিদুনা) অমসুং হায়ঃ "ঐঙোন্দা শোয়দনমক পীনবিগনি লন-থুম অমসুং অঙাংশিং।"

اَطَّلَعَ الْغَيْبَ اَمِ اتَّخَذَ عِنْدَ الرَّحْمٰنِ عَهْدًا ﴿٧٨﴾

৭৯। মহাকপু খঙলব্রা অমম্বগী জ্ঞান নত্রগা মহাকনা লৌরব্রা রাশক অমা থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)দগী?

كَلَّا ۗ سَنَكْتُبُ مَا يَقُوْلُ وَنَمُدُّ لَهُ مِنَ الْعَذَابِ مَدًّا ﴿٧٩﴾

৮০। মদু য়ারোই। ঐখোইনা ইদুনা থমগনি মহাকনা হায়বদু অমসুং ঐখোইনা শাংথহনবিগনি মহাক্কীদমক্তা চৈরাকদু।

وَّنَرِثُهٗ مَا يَقُوْلُ وَيَأْتِيْنَا فَرْدًا ﴿٨٠﴾

৮১। অদুগা ঐখোইনা স্বত্ব ফংগনি মঙোন্দগী মহাকনা ঙাঙখিবা পুম্নমকদু অমসুং মহাক লাক্কনি ঐখোইদা নাইতোম মথন্তা।

وَاتَّخَذُوْا مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ اٰلِهَةً لِّيَكُوْنُوْا لَهُمْ عِزًّا ﴿٨١﴾

৮২। অদুগা মখোইনা লৌখি (অতোপ্পা খোয়ম লাইশিং) অল্লাহ নত্তবদু, অদুনা মখোই ওইনবা পাঙ্গল চৈশু মখোইগীদমক্তা।

كَلَّا ۗ سَيَكْفُرُوْنَ بِعِبَادَتِهِمْ وَيَكُوْنُوْنَ عَلَيْهِمْ ضِدًّا ﴿٨٢﴾

৮৩। মদু ওইবা য়ারোই। (অরানবা লাইশিং) মখোইনা য়াবিরোই মখোইগী (তৌখিবা) থৌগল (মখোই ইখঙ-খঙদে হায়না) অমসুং মখোই ওইগনি মখোইগী মায়োক্নবশিং (উকন ওইবিগদ্রা হায়ববু)।

৬ শুবা রুকূ

৮৪। নং উদব্রা ঐখোইনা থাবিখি শৈতানশিংবু লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদা থৌজিন্নবগী মখোইবু (লমহেনবদা) থৌ-ইনশিন্দুনা ?

أَلَمْ تَرَ أَنَّا أَرْسَلْنَا الشَّيَاطِينَ عَلَى الْكَافِرِينَ تَؤُزُّهُمْ أَزًّا ﴿٨٣﴾

৮৫। মরমদুনা নং তহা-তহা তৌগনু মখোইবু। ঐখোইনা থমলি পুরা হিসাব মখোইগী (তৌবশিং)।

فَلَا تَعْجَلْ عَلَيْهِمْ ۖ إِنَّمَا نَعُدُّ لَهُمْ عَدًّا ﴿٨٤﴾

৮৬। (নীংশিঙু) নোংমা নুমিত্তা ঐখোইনা জমা তৌশনবিগনি ধর্ম্ম কায়দবশিংবু থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)গী মমাংদা (মহাক্কী ঈকাইখুম্নরবা) অতিথিশিং ওইনা,

يَوْمَ نَحْشُرُ الْمُتَّقِينَ إِلَى الرَّحْمَٰنِ وَفْدًا ﴿٨٥﴾

৮৭। অমসুং ঐখোইনা হোইবিগনি মরাল লৈরবশিংবু নরকদা ঈশিং থৌরাংলবা শাগী শল্লুপগুম্না।

وَنَسُوقُ الْمُجْرِمِينَ إِلَىٰ جَهَنَّمَ وِرْدًا ﴿٨٦﴾

৮৮। কনাগীসু মতিক লৈরোই রা তাইশন্নবগী থবক তৌবগী, মহাক নত্তনা মহাকদু হান্ননা ফংখ্রবনি রাশক অমা থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)দগী।

لَا يَمْلِكُونَ الشَّفَاعَةَ إِلَّا مَنِ اتَّخَذَ عِنْدَ الرَّحْمَٰنِ عَهْدًا ﴿٨٧﴾

৮৯। অদুগা (পাইমা ঈরৈচল ওইদুনা) মখোইনা হায়ঃ "থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)না লৌখ্রে মচা নিপা অমা।"

وَقَالُوا اتَّخَذَ الرَّحْمَٰنُ وَلَدًا ﴿٨٨﴾

৯০। তশেংবমক, নখোইনা হায়দোকই অকিবগী মশক ওইবা রা অমা!

لَقَدْ جِئْتُمْ شَيْئًا إِدًّا ﴿٨٩﴾

৯১। (মখোইনা অওইবা ওইনা হায়রকপদা) আসমান কায়গে তৌই অমসুং পৃথিবী মচেৎ-মচেৎ চেকখায়গদৌই অমসুং চীংজাওশিং মচেৎ থোক্লা কীংথগদৌই,

تَكَادُ السَّمَاوَاتُ يَتَفَطَّرْنَ مِنْهُ وَتَنْشَقُّ الْأَرْضُ وَتَخِرُّ الْجِبَالُ هَدًّا ﴿٩٠﴾

৯২। মরমদি মখোইনা থৈজিল্লি মচা নিপা অমা থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)দা।

أَنْ دَعَوْا لِلرَّحْمَٰنِ وَلَدًا ﴿٩١﴾

৯৩। তৌইগুম্বসুং মসি নাতে চাদবনি থৌজাল-বিহৈবা (অল্লাহ)না লৌগনি হায়বসি মচানিপা অমা।

وَمَا يَنْبَغِي لِلرَّحْمَٰنِ أَنْ يَتَّخِذَ وَلَدًا ﴿٩٢﴾

إِنْ كُلُّ مَنْ فِي السَّمٰوٰتِ وَالْأَرْضِ إِلَّآ اٰتِي الرَّحْمٰنِ عَبْدًا ﴿٩٣﴾

৯৪। কনাসু লৈতে আসমান অমসুং পৃথিবীদা তৈইগুম্বসুং মহাক লাক্কনি থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)দা মীনাই অমা ওইনা।

لَقَدْ أَحْصٰىهُمْ وَعَدَّهُمْ عَدًّا ﴿٩٤﴾

৯৫। তশেংবমক মহাকনা খঙই মখোইবু (মহাক্কী জ্ঞান্না) অমসুং মশিং থিজিল্লি মখোইবু (চুম্না) পাশিন্দুনা।

وَكُلُّهُمْ اٰتِيْهِ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ فَرْدًا ﴿٩٥﴾

৯৬। অদুগা মখোই খুদিং লাক্কনি মহাক্কী মনাক্তা কিয়ামত নুমিত্তা নাইতোম মথন্তা।

إِنَّ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ سَيَجْعَلُ لَهُمُ الرَّحْمٰنُ وُدًّا ﴿٩٦﴾

৯৭। তশেংবমক অদুগুম্বা মীওইশিং অচুম্বা থাজরবা অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনরকপা মখোইদো থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)না হাপ্পিগনি নুংশিবা মখোইগী (মথম্মোইশিংদা)।

فَإِنَّمَا يَسَّرْنٰهُ بِلِسَانِكَ لِتُبَشِّرَ بِهِ الْمُتَّقِيْنَ وَتُنْذِرَ بِهٖ قَوْمًا لُّدًّا ﴿٩٧﴾

৯৮। মরমদুনা ঐখোইনা পীবিখ্রে (কুরআন) অসি লায়না নংগী নরোলদা অদুনা নংনা পীনবা মদুনা হরাওবা পাও ধর্ম্ম কায়দ ব শিংদা অমসুং চেকশনহন্নবা মদুনা খৎনগনবা (য়েৎনগনবা) মীশিংবু।

وَكَمْ أَهْلَكْنَا قَبْلَهُمْ مِّنْ قَرْنٍ هَلْ تُحِسُّ مِنْهُمْ مِّنْ أَحَدٍ أَوْ تَسْمَعُ لَهُمْ رِكْزًا ﴿٩٨﴾

৯৯। অদুগা মীরোন কয়া ঐখোইনা মাঙ-তাকহনবিখ্রবা মখোইগী মমাংদা! নং উবা ফংব্রা মখোই অমতা (হৌজিক হিংদুনা লৈবা) নত্ত্রগা তাব্রা মখোইগী খোঞ্জেল অমা ফাওবা?




তা-হা সূরহ ২০

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ১৩৬ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ١

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

طٰهٰ ٢

২। তা-হা (হে মপুংফাবা মী!)

مَآ اَنْزَلْنَا عَلَيْكَ الْقُرْاٰنَ لِتَشْقٰٓى ٣

৩। ঐখোইনা থাবিখিদে কুরআনসি নংঙোন্দা অদুনা নংবু অৱাবা শরুকহন্নবগী,

اِلَّا تَذْكِرَةً لِّمَنْ يَّخْشٰى ٤

৪। তৌইগুম্বসুং মসি নীংশিঙহল্লিবা পোৎনি (অল্লাহবু) কিবা মীদা,

تَنْزِيْلًا مِّمَّنْ خَلَقَ الْاَرْضَ وَالسَّمٰوٰتِ الْعُلٰى ٥

৫। মসি ফোংদোকপিখি মহাক্কী মায়কৈদগী মহাকনা শেম-শাবিখি পৃথিবী অমসুং অৱাংবা আসমান।

اَلرَّحْمٰنُ عَلَى الْعَرْشِ اسْتَوٰى ٦

৬। মহাক থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)নি মহাকনা লৌখি আশন (শক্তিগী) কোইরেল ফম্বালথক্তা।

لَهٗ مَا فِى السَّمٰوٰتِ وَمَا فِى الْاَرْضِ وَمَا بَيْنَهُمَا وَمَا تَحْتَ الثَّرٰى ٧

৭। মহাকনা মপুনি আসমানদা লৈবা-পুম্বগী অমসুং পৃথিবীদা লৈবা-পুম্বগী অমসুং মখোই অনিগী মরক্তা লৈবা-পুম্বগী অমসুং পাট্টালদা লৈবা-পুম্বগী।

وَاِنْ تَجْهَرْ بِالْقَوْلِ فَاِنَّهٗ يَعْلَمُ السِّرَّ وَاَخْفٰى ٨

৮। অদুগা নংনা লাউনা (নত্ত্রগা তুমিন্না) ঙাঙলবসু (করিসু খেন্নবা লৈতে), মরমদি মহাকনা খঙই (মীগী) অৱেন্নবা অমসুং চেৎনা লোৎশনবসু।

اَللّٰهُ لَآ اِلٰهَ اِلَّا هُوَ ۚ لَهُ الْاَسْمَآءُ الْحُسْنٰى ٩

৯। মহাক অল্লাহনি— লৈতে চীঙু লাই কনামতা মহাক নত্তবা। মহাক্কীদি খ্বাইদগী হেন্না ফজবা মমিংশিংনি।

وقف لازم وَهَلْ اَتٰىكَ حَدِيْثُ مُوْسٰى ١٠

১০। অদুগা লাকখিদব্রা নংঙোন্দা ৱারী মুসাগী?

اِذْ رَاٰ نَارًا فَقَالَ لِاَهْلِهِ امْكُثُوْٓا اِنِّىْ اٰنَسْتُ نَارًا

১১। (য়েংউ!) মহাকনা উখিবা মতমদা মৈ অমা, মহাকনা হায়খি ইমুংগী মীশিংদা: "ঙাইথো (অসিদা), ঐনা তশেংবমক উরে মৈ অমা, ঐনা

لَّعَلِّیۡۤ اٰتِیۡکُمۡ مِّنۡهَا بِقَبَسٍ اَوۡ اَجِدُ عَلَی النَّارِ هُدًی ⑩

পুরকপসু য়াই নখোইদা মৈ চাকলবা শিং অমা মফম অদুদগী নত্রগা ফংবসু য়াই লমজিং (ঐখোইগী লম্বেলগী মরমদা) মৈ অসিদা (মী লৈরমলবদি)।"

فَلَمَّاۤ اَتٰىهَا نُوۡدِیَ یٰمُوۡسٰی ⑪

১২। মরমদুনা মহাকনা লাকখিবদা মদুদা, মহাকপু কৌরকখি (খোঞ্জেল অমনা) ঃ "হে মুসা!

اِنِّیۡۤ اَنَا رَبُّکَ فَاخۡلَعۡ نَعۡلَیۡکَ ۚ اِنَّکَ بِالۡوَادِ الۡمُقَدَّسِ طُوًی ⑫

১৩। "তশেংবমক, ঐসে নংগী (লৈশেম-নুংশেম্বা) মপুনি। মরমদুনা লৌথোকও নংগী খোঙউপশিং ; মরমদি নংনা লৈরিবা মফমসি অশেংবা লমলেন তুৱা (কৌব)নি।

وَ اَنَا اخۡتَرۡتُکَ فَاسۡتَمِعۡ لِمَا یُوۡحٰی ⑬

১৪। "অদুগা ঐনা খনবিখ্রে নংবু (ঐগী রসুল অমা ওইনা ইস্রাঈল মচাশিংদা) ; মরমদুনা তাও (নংঙোন্দা) ফোংদোকপিরিবা (রাপাও) সি ঃ

اِنَّنِیۡۤ اَنَا اللّٰهُ لَاۤ اِلٰهَ اِلَّاۤ اَنَا فَاعۡبُدۡنِیۡ ۙ وَ اَقِمِ الصَّلٰوۃَ لِذِکۡرِیۡ ⑭

১৫। "তশেংবমক, ঐ অল্লাহনি ; লৈতে চীঙু লাই কনামতা ঐ নত্তবা। মরমদুনা বন্দগী তৌ ঐগী অমসুং নমাজ তৌ ঐবু নীংশিঙবগী।

اِنَّ السَّاعَۃَ اٰتِیَۃٌ اَکَادُ اُخۡفِیۡهَا لِتُجۡزٰی کُلُّ نَفۡسٍۭ بِمَا تَسۡعٰی ⑮

১৬। "শোয়দনমক (নংগী য়েক্নবশিংবু মায়থীবা পীনবগী অমসুং সংসার লোয়শনবগী) পুংফমদু লাকলি ; ঐনা শেংনা উৎপিগনি মদু, অদুনা থরাই খুদিংনা ফংজনবা মাগী-মাগী তৌজ মতিকমল।

فَلَا یَصُدَّنَّکَ عَنۡهَا مَنۡ لَّا یُؤۡمِنُ بِهَا وَ اتَّبَعَ هَوٰىهُ فَتَرۡدٰی ⑯

১৭। "মরমদুনা মদুদা থাজদবা অমসুং মহাক্কী ফত্তবা অপাম্বশিংদা ইনবা(মী) মহাকনা মায় ওথোকহন্দসনু নংবু (নংনা ফংখিবা লমজিং) অদুদগী, নত্তবদি নং মাঙ-তাকচগনি।

وَ مَا تِلۡکَ بِیَمِیۡنِکَ یٰمُوۡسٰی ⑰

১৮। "অমসুং (অদুগী তুংদা খোঞ্জেল অদুনা লাউরকখি ঃ) করিনো নখুৎ য়েৎনা পায়রিবা অদু, হে মুসা!"

قَالَ هِیَ عَصَایَ ۚ اَتَوَکَّؤُا عَلَیۡهَا وَ اَهُشُّ بِهَا عَلٰی غَنَمِیۡ وَ لِیَ فِیۡهَا مَاٰرِبُ اُخۡرٰی ⑱

১৯। মহাকনা পাওখুমখি ঃ "মসি ঐগী পায়না-চৈশুনি, ঐনা ঙাথৈ মসিদা অমসুং য়ৈথৈ উনাশিং মসিনা ঐগী য়াওশিংগী (চানবগী), অমসুং ঐনা শীজিন্নৈ মসি অতে মরমগীসু।"

قَالَ اَلۡقِهَا یٰمُوۡسٰی ⑲

২০। (খোঞ্জেল অদুনা) হায়খি ঃ "লংথোকও মদু, হে মুসা!"

২১। মরমদুনা মহাকনা লংথোকখি মদু; মতমদুদা য়েংউ ! মদু লিনগুম জ্‌-জ্‌ চৎখি।

২২। (খোঞ্জেল অদুনা অমুকসু) হায়খিঃ "ফাও মদু অমসুং কিগনু। ঐখোইনা (হৌজিক) হনজনহনবিগনি মদু মাগী হান্নগী ফিবমদা।

২৩। "অমসুং (মথংদা) কোনশল্লু নংগী নখুৎ নংগী শোগ্রাকদা (ঙাইহাক লৈরগা শত্তোকও অমসুং য়েংউ) মদু ঙৌশ্রোক ঙৌগনি, করিসু অনাবা ওইদনা (মসি) অতোপ্পা খুদমনি।

২৪। (মসিনিদো) অদুনা ঐখোইনা উৎনবা নংঙোন্দা (হে মুসা !) ঐখোইগী হেন্নাচাওবা খুদম খরগা।

২৫। (হৌজিক) চৎলু নং ফিরঔনদা; মহাক তশেংবমক লমকেৎ-লমহাইরে।

২ শুবা রুকূ

২৬। (মুসানা) হায়খিঃ "ঐগী মপুও ! পাকথোকহনবিয়ু ঐগী থবাকসে,

২৭। "অমসুং লায়না থোকহনবিয়ু ঐগী থবক (নহাক্কী নতেংনা),

২৮। "অমসুং লৌথোকপিয়ু কিশি লৈবা ঐগী লৈতোন্দা,

২৯। "অদুনা মখোইনা খঙনবা ঐনা ঙাঙবা ৱা,

৩০। "অমসুং পীনবিয়ু ঐঙোন্দা তেংবাংবা অমা ঐগী ইমুংদগী,

৩১। "হারুন (কৌবা) ঐগী ইয়াম্বদু,

৩২। "কনখৎহনবিয়ু ঐগী ইপাঙ্গল (অমসুং ইথৌনা) মহাক্কী মতেংনা,

৩৩। "অমসুং শরুক য়াহনবিয়ু মহাকপু ঐগী থবক্তা,

৩৪। "অদুনা ঐখোইনা শৈশকচনবা নহাক্কী নতিক নঙাল য়াম্না (তোয়না),

فَأَلْقٰهَا فَإِذَا هِيَ حَيَّةٌ تَسْعٰى ﴿٢١﴾

قَالَ خُذْهَا وَلَا تَخَفْ سَنُعِيْدُهَا سِيْرَتَهَا الْأُوْلٰى ﴿٢٢﴾

وَاضْمُمْ يَدَكَ إِلٰى جَنَاحِكَ تَخْرُجْ بَيْضَآءَ مِنْ غَيْرِ سُوْٓءٍ اٰيَةً أُخْرٰى ﴿٢٣﴾

لِنُرِيَكَ مِنْ اٰيٰتِنَا الْكُبْرٰى ﴿٢٤﴾

اِذْهَبْ إِلٰى فِرْعَوْنَ إِنَّهٗ طَغٰى ﴿٢٥﴾

قَالَ رَبِّ اشْرَحْ لِيْ صَدْرِيْ ﴿٢٦﴾

وَيَسِّرْ لِيْٓ أَمْرِيْ ﴿٢٧﴾

وَاحْلُلْ عُقْدَةً مِّنْ لِّسَانِيْ ﴿٢٨﴾

يَفْقَهُوْا قَوْلِيْ ﴿٢٩﴾

وَاجْعَلْ لِّيْ وَزِيْرًا مِّنْ أَهْلِيْ ﴿٣٠﴾

هٰرُوْنَ أَخِي ﴿٣١﴾

اشْدُدْ بِهٖٓ أَزْرِيْ ﴿٣٢﴾

وَأَشْرِكْهُ فِيْٓ أَمْرِيْ ﴿٣٣﴾

كَيْ نُسَبِّحَكَ كَثِيْرًا ﴿٣٤﴾

৩৫। "অমসুং ঐখোইনা য়াম্না নীংশিঙজনবা নহাকপু।

وَنَذْكُرَكَ كَثِيرًا ﴿٣٤﴾

৩৬। "তশেংবমক, নহাক্তি মতম-পুম্বদা য়েংশনবি ঐখোইগী ইথক্তা।"

إِنَّكَ كُنتَ بِنَا بَصِيرًا ﴿٣٥﴾

৩৭। অল্লাহনা হায়বিখিঃ "য়াবিরে নংনা হায়জবদু হে মুসা!

قَالَ قَدْ أُوتِيتَ سُؤْلَكَ يَٰمُوسَىٰ ﴿٣٦﴾

৩৮। "অদুগা তশেংনমক ঐখোইনা পীখি নংঙোন্দা থৌজাল অমা মতম অমদ(স্)"—

وَلَقَدْ مَنَنَّا عَلَيْكَ مَرَّةً أُخْرَىٰٓ ﴿٣٧﴾

৩৯। "(য়েংউ!) ঐখোইনা ফোংদোকপিখি নংগী নমাবোকদা ফোংদোক্কদবদু (অসুম হায়না)ঃ

إِذْ أَوْحَيْنَآ إِلَىٰٓ أُمِّكَ مَا يُوحَىٰٓ ﴿٣٨﴾

৪০। "হাপচল্লু (অঙাং) মাবু উপু অমদা, অদুগী তুংদা থাদখো মদু তুরেলদা, তুরেল(গী ঈচেল)না (অসুম পুথখিদুনা) হুনগৎপিনবা মাবু তোর্বান্দা, মতমদুদা ঐগী য়েক্লবা অমসুং মাগীসু য়েক্লবা (ওইবা) অমনা লৌখৎপিগনি মাবু।" অদুগা ঐনা শীংথবিখি নংঙোন্দা ঐগী নুংশিবা;

অমসুং অদুনা নংবু য়োকপিনবগী ঐগী মিৎয়েং মথাদা।

أَنِ اقْذِفِيهِ فِي التَّابُوتِ فَاقْذِفِيهِ فِي الْيَمِّ فَلْيُلْقِهِ الْيَمُّ بِالسَّاحِلِ يَأْخُذْهُ عَدُوٌّ لِّي وَعَدُوٌّ لَّهُ ۚ وَأَلْقَيْتُ عَلَيْكَ مَحَبَّةً مِّنِّي ۚ وَلِتُصْنَعَ عَلَىٰ عَيْنِي ﴿٣٩﴾

৪১। "(য়েংউ!) নংগী নচেন্না (তুংইন্নদুনা) চৎখি অমসুং হায়খি (নিংথেম-নুবীশিংদা)ঃ ঐনা তাকসিরা নখোইদা কনাগুম্বা অমা মহাকনা (নাওয়োকপগী) থবক লৌবিগদবা (অঙাং) মাগী? অদুগী মতমদা ঐখোইনা অমুকহন্না পীখি নংবু নমাবোকদা (লৈমা-নিংথৌকোন্দা পুখৎলক্নগা) অদুনা মহাক্কী মমিৎ অঙৈংবা শরাক্লবা অমসুং মথরাই রাদনবা। অদুগা নংনা হাৎখি (মিসরী) নিপা অমা, তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা কনবিখি নংবু অরাবা খোঙফম্নগদৌবদগী অমসুং ঐখোইনা চাং য়েংবিখি নংবু চাংয়েং (কয়া) তৌবিদুনা। অদুগী মতমদা নংনা লৈখি চহি কুমজা কয়া মডয়নশিংগী মরক্তা। অদুগী তুংদা (হৌজিক) নং লাকখ্রে মফম অসিদা য়াথংনবিখিবগী মতুং ইন্না, হে মুসা!

إِذْ تَمْشِي أُخْتُكَ فَتَقُولُ هَلْ أَدُلُّكُمْ عَلَىٰ مَن يَكْفُلُهُ ۖ فَرَجَعْنَاكَ إِلَىٰ أُمِّكَ كَيْ تَقَرَّ عَيْنُهَا وَلَا تَحْزَنَ ۚ وَقَتَلْتَ نَفْسًا فَنَجَّيْنَاكَ مِنَ الْغَمِّ وَفَتَنَّاكَ فُتُونًا ۚ فَلَبِثْتَ سِنِينَ فِي أَهْلِ مَدْيَنَ ثُمَّ جِئْتَ عَلَىٰ قَدَرٍ يَا مُوسَىٰ ﴿٤٠﴾

৪২। ''অমসুং ঐনা খনবিরে নংবু ঐগীদমক (রসুল অমা ওইনা)।

وَاصْطَنَعْتُكَ لِنَفْسِيْ ۝

৪৩। ''চৎলু নং অমসুং নংগী নয়াম্বগা ঐগী খুদমশিং পুরদুনা অমসুং থৌশা-রাশাদবা তৌগনু ঐবু নীংশিঙবদা।

اِذْهَبْ اَنْتَ وَاَخُوْكَ بِاٰيٰتِيْ وَلَا تَنِيَا فِيْ ذِكْرِيْ ۝

৪৪। ''চৎলু নখোই অনিমক ফিরঔন্দা, মহাক তশেংনমক কা হেন্দোকলে।

اِذْهَبَآ اِلٰى فِرْعَوْنَ اِنَّهٗ طَغٰى ۝

৪৫। ''অদুনা রা ঙাঙউ মঙোন্দা নুংশি-মেঙলবা ৱাহৈশিংনা অদুনা মহাক মপুকনিং ৱাখল তৌজনবা নত্ত্রগা অকিবা শরুক্লবা।''

فَقُوْلَا لَهٗ قَوْلًا لَّيِّنًا لَّعَلَّهٗ يَتَذَكَّرُ اَوْ يَخْشٰى ۝

৪৬। মখোই (মচিন মনাও অনি)না হায়খিঃ ''ঐখোইগী মপুও! ঐখোই তশেংনমক কিজে মহাকনা কা হেনবা শাজৎ চৎপিগদ্রা হায়না ঐখোইদা নত্ত্রগা মাঙ-তাক্কঙাই ওইবা তৌবিগদ্রা হায়না।''

قَالَا رَبَّنَآ اِنَّنَا نَخَافُ اَنْ يَّفْرُطَ عَلَيْنَآ اَوْ اَنْ يَّطْغٰى ۝

৪৭। অল্লাহনা হায়বিখিঃ ''কিগনু; তশেংবমক ঐনা লোয়নবিরি নখোই অনিবু। ঐনা তারি (নখোইনা হায়ব-হায়বদু) অমসুং ঐনা য়েংলি (নখোইগী ফিবম পুম্নমক)।''

قَالَ لَا تَخَافَآ اِنَّنِيْ مَعَكُمَآ اَسْمَعُ وَاَرٰى ۝

৪৮। মরমসিনা চৎলু নখোই অনি মহাক্কী মনাক্তা অমসুং হায়য়ুঃ ''তশেংবমক ঐখোই রসুলশিংনি নংগী মপুগী; মরমদুনা নংনা চৎহনবিয়ু ইস্রাঈল মচাশিংবু ঐখোইগা লোয়ননা; অমসুং ওৎ-নৈবিগনু মখোইবু। ঐখোইনা তশেংবমক পুজরকলি নংঙোন্দা (অচৌবা) খুদম অমা নংগী মপুদগী; অমসুং অঙৈংবা শরুক্লগনি লমজিং ইনবা (মী) মহাকদু।

فَاْتِيٰهُ فَقُوْلَآ اِنَّا رَسُوْلَا رَبِّكَ فَاَرْسِلْ مَعَنَا بَنِيْٓ اِسْرَآءِيْلَ ۙ وَلَا تُعَذِّبْهُمْ ؕ قَدْ جِئْنٰكَ بِاٰيَةٍ مِّنْ رَّبِّكَ ؕ وَالسَّلٰمُ عَلٰى مَنِ اتَّبَعَ الْهُدٰى ۝

৪৯। ''তশেংবমক ঐখোইদা ফোংদোকপিখ্রে মদুদি ৱায়েল-চৈরাক থাবিরক্কনি (মপুগী খুদমশিং) য়াদবা অমসুং মমায় ওথোকপা (মী) মহাক্কী মথক্তা।''

اِنَّا قَدْ اُوْحِيَ اِلَيْنَآ اَنَّ الْعَذَابَ عَلٰى مَنْ كَذَّبَ وَتَوَلّٰى ۝

৫০। ফিরঔন্না হায়খি (নাপল-লুখোংনদুনা) ঃ "কনানো নখোই অনিগী মপু হায়রিবা অদুবু, হে মুসা ?"

قَالَ فَمَنْ رَّبُّكُمَا يٰمُوْسٰى ﴿٥٠﴾

৫১। মুসানা হায়খি ঃ "ঐখোইগী মপুদি (নমুপোং-শেম্বা, থরাই মীপোকপা) মহাকনি — মহাকনা পীবি (তোঙান-তোঙানবা) মওং পোৎ পুম্নমক্কী (নশাগীসু য়াওনা) অমসুং লমজিংবি।

قَالَ رَبُّنَا الَّذِيْٓ اَعْطٰى كُلَّ شَيْءٍ خَلْقَهٗ ثُمَّ هَدٰى ﴿٥١﴾

৫২। ফিরঔন্না হায়খি ঃ "করি ফিবম ওইগনি মমাংঙৈগী মীরোনশিংগী ?"

قَالَ فَمَا بَالُ الْقُرُوْنِ الْاُوْلٰى ﴿٥٢﴾

৫৩। মুসানা হায়খি ঃ "মদুগী জ্ঞানদি ঐগী মপুনা খঙই (ভাক্তুনা থম্বিখ্রবা মহাক্কী হুকুমগী) কিতাবদা। ঐগী মপুদি (কদৌনুংদসু) লান্দে নত্তগা কাওদে,

قَالَ عِلْمُهَا عِنْدَ رَبِّيْ فِيْ كِتٰبٍ ۚ لَا يَضِلُّ رَبِّيْ وَلَا يَنْسَى ﴿٥٣﴾

৫৪। মহাকননি শেম্বিখিবা পৃথিবীসে নখোইগী হিপ্ল-ফমুং ওইনা অয়সুং শেম্বিখি লম্বীশিং নখোইগীদমক মদুগী মনুংদা অমসুং চুহল্লি নোং-ঈশিং কোরৌ নোংমদোন্দগী অমসুং মদুনা ঐখোইনা পুথোকই তোঙান-তোঙানবা মখল মনা-মশিংগী।

الَّذِيْ جَعَلَ لَكُمُ الْاَرْضَ مَهْدًا وَّسَلَكَ لَكُمْ فِيْهَا سُبُلًا وَّاَنْزَلَ مِنَ السَّمَآءِ مَآءً ۚ فَاَخْرَجْنَا بِهٖٓ اَزْوَاجًا مِّنْ نَّبَاتٍ شَتّٰى ﴿٥٤﴾

৫৫। "নখোই চাও অমসুং শজিক পিজৌ নখোইগী য়ুমশাশিংবু। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদমশিং (রাখল তৌনবগী) জ্ঞান লৈবা মীওইশিংগী।"

كُلُوْا وَارْعَوْا اَنْعَامَكُمْ ۗ اِنَّ فِيْ ذٰلِكَ لَاٰيٰتٍ لِّاُولِي النُّهٰى ﴿٥٥﴾

৩ শুবা রুকূ

৫৬। লৈবাক্তগী ঐখোইনা শেম্বিখি (মী) নখোইবু অমসুং ঐখোইনা হনজনহনবিগনি নখোইবু মদুগী মনুংদা, অমসুং মদুদগী ঐখোইনা পুথোকপিগনি নখোইবু অমুকহন্না।

مِنْهَا خَلَقْنٰكُمْ وَفِيْهَا نُعِيْدُكُمْ وَمِنْهَا نُخْرِجُكُمْ تَارَةً اُخْرٰى ﴿٥٦﴾

৫৭। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা উহনবিখি

وَلَقَدْ اَرَيْنٰهُ اٰيٰتِنَا كُلَّهَا فَكَذَّبَ

(ফিরঔন) মহাকপু ঐখোইগী খুদম পুম্নমক, তৌইগুম্বসুং মহাকনা চুমদনা হায়খি অমসুং লৌ হায়বা য়াখিদে।

وَأَبَىٰ ۝٥٦

৫৮। মহাকনা (মুসাবু লান্না লৌখিদুনা) হায়খি ঃ নং লাকলিব্রা ঐখোইদা, হে মুসা! তাথোক-পিগদবগী ঐখোইবু ঐখোইগী ইরমদমদগী নংগী জাদুনা?

قَالَ أَجِئْتَنَا لِتُخْرِجَنَا مِنْ أَرْضِنَا بِسِحْرِكَ يَٰمُوسَىٰ ۝٥٧

৫৯। ঐখোইসু পুথোকপা ঙম্মি নংগী জাদু অদুগুম্বা: মরমদুনা লেপ্পবা অমা নাইসি (লাম্বাননবগী) ঐখোই অমসুং নংগী মরক্তা, মদু ঐখোইনা কায়বিরোই, নংনসু কায়রোই (হায়বা ঐখোইনা উই)— ময়ায় থোকপা মফম অমদা (অমুক্তং চাং য়েংথোকসি, মী পুম্নমক নুংঙাইনা য়েংজসনু)।

فَلَنَأْتِيَنَّكَ بِسِحْرٍ مِّثْلِهِۦ فَٱجْعَلْ بَيْنَنَا وَبَيْنَكَ مَوْعِدًا لَّا نُخْلِفُهُۥ نَحْنُ وَلَآ أَنتَ مَكَانًا سُوًى ۝٥٨

৬০। মুসানা পাওখুমখি ঃ নখোইনা (চাং য়েংননবগী) লেপ্পগদৌবা (নুমিত্তি) উৎসব নুমিত্ত (না ফগনি), অমসুং মী (য়াম্না) ঙুং-ঙুং তিনহল্লু নুমিৎ য়ুংবগী মমাংদা।

قَالَ مَوْعِدُكُمْ يَوْمُ ٱلزِّينَةِ وَأَن يُحْشَرَ ٱلنَّاسُ ضُحًى ۝٥٩

৬১। মরমদুনা ফিরঔন চথোকখিরম্মী অমসুং মহাক্কী থৌরাং তৌগদৌবমখৈ খোমজল্লবা মতুংদা লাকখি (চাংয়েং-পুংদা পুংফম চানা)।

فَتَوَلَّىٰ فِرْعَوْنُ فَجَمَعَ كَيْدَهُۥ ثُمَّ أَتَىٰ ۝٦٠

৬২। মুসানা হায়খি মখোইদা ঃ নখোই অরাবনিদা! লৌশিং মীনম লাংথাক্কনু অল্লাহদা, নত্তবদি মহাকনা তুম্না মাঙহনবিখিনি নখোইবু (খুদক্তা) রায়েল-চৈরাক থাবিরক্কনা ; অমসুং (মী মাঙনবা) মীনম-শোরিবদি তশেংনমক মাঙবা তাবনি।

قَالَ لَهُم مُّوسَىٰ وَيْلَكُمْ لَا تَفْتَرُوا۟ عَلَى ٱللَّهِ كَذِبًا فَيُسْحِتَكُم بِعَذَابٍ ۖ وَقَدْ خَابَ مَنِ ٱفْتَرَىٰ ۝٦١

৬৩। মতমদুদা (ফিরঔনগী খুৎপু) মখোই চীন্দান্নখি মখোইগী থবক্কী মরমদা অমসুং লোন্না রা তানখি।

فَتَنَٰزَعُوٓا۟ أَمْرَهُم بَيْنَهُمْ وَأَسَرُّوا۟ ٱلنَّجْوَىٰ ۝٦٢

৬৪। মখোইনা হায়খি ঃ তশেংবমক মখোই অনিসে (য়াম্না হৈ-শিংখ্রবা) জাদুগরশিংনি,

قَالُوٓا۟ إِنْ هَٰذَٰنِ لَسَٰحِرَٰنِ يُرِيدَانِ أَن يُخْرِجَاكُم

مِّنْ اَرْضِكُمْ بِسِحْرِهِمَا وَيَذْهَبَا بِطَرِيْقَتِكُمُ الْمُثْلٰى ﴿٦٣﴾

মখোইনা তাথোকপিনীংই নখোইবু নরমদমদগী মখোইগী জাদুনা অমসুং মাঙহনবিনীংই নখোইগী প্রম-প্রাদগী হৌনা চৎনরকলবা ফজখ্রবা নাৎশিংবু।

فَاَجْمِعُوْا كَيْدَكُمْ ثُمَّ ائْتُوْا صَفًّا ۚ وَقَدْ اَفْلَحَ الْيَوْمَ مَنِ اسْتَعْلٰى ﴿٦٤﴾

৬৫। মরমদুনা নখোই তানরগা ৱারেপও নখোইগী থৌরাং, অদুগী তুংদা থোরকও খুৎপু অমা ওইনা। অদুগা, তশেংবমক, ঙসি চৈগাবা ফংবা মহাকদু ওইগনি মথক-ইথং-থংবা (পুম্নমক্কী)।

قَالُوْا يٰمُوْسٰى اِمَّآ اَنْ تُلْقِيَ وَاِمَّآ اَنْ نَّكُوْنَ اَوَّلَ مَنْ اَلْقٰى ﴿٦٥﴾

৬৬। মখোইনা হায়খি ঃ হে মুসা ! নং হান্না হুনগে হায়ব্রা নত্ত্রগা ঐখোইনা হান্না হুনসিরা ?

قَالَ بَلْ اَلْقُوْا ۚ فَاِذَا حِبَالُهُمْ وَعِصِيُّهُمْ يُخَيَّلُ اِلَيْهِ مِنْ سِحْرِهِمْ اَنَّهَا تَسْعٰى ﴿٦٦﴾

৬৭। মুসানা হায়খি ঃ নত্তে, নখোই হুন্লু। য়েংউ মখোইগী থৌরীশিং অমসুং চৈশুশিং (মথং মথং হুন্দোরকখিবদা) উহনবিখি মহাকপু, মখোইগী মিত্তুংনা (লিন) জৃ-জৃ চৎপগুম।

فَاَوْجَسَ فِيْ نَفْسِهٖ خِيْفَةً مُّوْسٰى ﴿٦٧﴾

৬৮। মরমদুনা মুসানা কিবা পোকখি মপুকনিংদা।

قُلْنَا لَا تَخَفْ اِنَّكَ اَنْتَ الْاَعْلٰى ﴿٦٨﴾

৬৯। ঐখোইনা হায়বিখি ঃ কিগনু, নং শোয়দনমক মথক থোংগনি।

وَاَلْقِ مَا فِيْ يَمِيْنِكَ تَلْقَفْ مَا صَنَعُوْا ۗ اِنَّمَا صَنَعُوْا كَيْدُ سٰحِرٍ ۗ وَلَا يُفْلِحُ السَّاحِرُ حَيْثُ اَتٰى ﴿٦٩﴾

৭০। অদুগা লংথোকও নংগী নখুৎ য়েৎদা পায়রিবা (চৈশু) অদু—মদুনা কুৎ-কুৎ য়োৎশনগনি মখোইনা পুথোকখিবা খিবিক, মরমদি মখোইনা পুথোকখিবদু জাদুগরগী মতাৎনি। অদুগা জাদুগরদি চাওখৎলোই, কৈনোমা হেক্ মহাকনা থৌরাংলবসু।

فَاُلْقِيَ السَّحَرَةُ سُجَّدًا قَالُوْٓا اٰمَنَّا بِرَبِّ هٰرُوْنَ وَمُوْسٰى ﴿٧٠﴾

৭১। মরমদুনা (মুসাগী অঙকপা থৌওং উবদা) জাদুগরশিংদো শাংনা (লৈবাক্তা) তুথজখি, অসি হায়দুনা ঃ "ঐখোই থাজরে হারুন অমসুং মুসাগী মপুদা।"

قَالَ اٰمَنْتُمْ لَهٗ قَبْلَ اَنْ اٰذَنَ لَكُمْ ۗ اِنَّهٗ لَكَبِيْرُكُمُ

৭২। ফিরঔন্না হায়খি ঃ (অচচাচা!) নখোই হেক্তেমক থাজবা য়াব্রা মঙোন্দা ঐনা ইয়াথং পীদরিঙৈদা নখোইবু ! তশেংবমক মহাক লুচিংবনি

الَّذِي عَلَّمَكُمُ السِّحْرَ ۖ فَلَأُقَطِّعَنَّ أَيْدِيَكُمْ وَأَرْجُلَكُمْ مِنْ خِلَافٍ وَلَأُصَلِّبَنَّكُمْ فِي جُذُوعِ النَّخْلِ وَلَتَعْلَمُنَّ أَيُّنَا أَشَدُّ عَذَابًا وَأَبْقَىٰ ﴿٧١﴾

নখোইগী— মহাকনা তম্বিখিবনি জাদু নখোইবু। মরমদুনা ঐনা শোয়দনমক ককথৎপিগনি নখোইগী নখুৎশিং অমসুং নখোঙশিং নাকল অমমমদা ওন্ন-ওন্ননা অমসুং হাৎপিগনি নখোইবু খজুর পাম্বীগী মউদা ফলাং চনশন্দুনা; অমসুং নখোইনা খঙগনি ঐখোই কনানা পীবা ওস্থা হেন্না শাথীবা অমসুং মতম কুইনা লৈগদৌবা চৈরাক দণ্ডি।

قَالُوا لَنْ نُؤْثِرَكَ عَلَىٰ مَا جَاءَنَا مِنَ الْبَيِّنَاتِ وَالَّذِي فَطَرَنَا ۖ فَاقْضِ مَا أَنْتَ قَاضٍ ۖ إِنَّمَا تَقْضِي هَٰذِهِ الْحَيَاةَ الدُّنْيَا ﴿٧٢﴾

৭৩। মখোইনা পাওখুমখি ঃ ঐখোইনা হেন্না লূনা তৌনঙাই লৈতে নহাকপু ঐখোইদা লাকখ্রবদা তশেংবা খুদমশিং নত্তগা (ঐখোইনা হেন্না পামশনবা য়াদে নহাকপু) চীঙু মশামকদগী— মহাকনা লৈশেম-নুংশেমবিখ্রবদা ঐখোইবু। মরমদুনা নহাকনা তৌনীংবা হুকুম তৌ (ঐখোইগী ইথক্তা)। নহাকনা হুকুম তৌগে মহায়রবদা তৌগদবা মঙাই তাইবঙ পুন্সি অসিগী মরমদা।

إِنَّا آمَنَّا بِرَبِّنَا لِيَغْفِرَ لَنَا خَطَايَانَا وَمَا أَكْرَهْتَنَا عَلَيْهِ مِنَ السِّحْرِ ۗ وَاللَّهُ خَيْرٌ وَأَبْقَىٰ ﴿٧٣﴾

৭৪। তশেংবমক ঐখোইনা থাজখ্রে ঐখোইগী মপুদা অদুনা মহাকনা ঙাকপিবা য়াই ঐখোইগী ইপাপশিং অমসুং (ঙাকপিবা য়াই) মেজিক নহাকনা নমদুনা তৌহনখিবদু ঐখোইবু। অদুগা মহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না অফবনি অমসুং লোম্বা নাইদনা লৈগদবনি।

إِنَّهُ مَنْ يَأْتِ رَبَّهُ مُجْرِمًا فَإِنَّ لَهُ جَهَنَّمَ لَا يَمُوتُ فِيهَا وَلَا يَحْيَىٰ ﴿٧٤﴾

৭৫। থাঙ্গৈশেংবমক, কনাগুম্বনা লাকলবদি মহাক্কী মপুগী মনাক্তা মরাল লৈরবা ওইনা— মহাক্কীদমক্তি যম লৈবাকনি। মহাক শিবসু শিরোই মদুগী মনুংদা নত্তগা হিংবসু হিংলোই।

وَمَنْ يَأْتِهِ مُؤْمِنًا قَدْ عَمِلَ الصَّالِحَاتِ فَأُولَٰئِكَ لَهُمُ الدَّرَجَاتُ الْعُلَىٰ ﴿٧٥﴾

৭৬। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা লাকলবদি (মপু) মহাক্কী মনাক্তা অচুমবা থাজবা ওইনা অফবা থবকশিং লম্বীনদুনা, অসিগুম্বা মীওইশিং অরাংবা থাক (কানঙাই) নি—

جَنَّاتُ عَدْنٍ تَجْرِي مِنْ تَحْتِهَا الْأَنْهَارُ خَالِدِينَ

৭৭। মতমচুপ্পা নুংঙাইদুনতা লৈরগদবা লৈকোন অদুগী মখাদা তুরেলশিং ঈচেল্লি, মখোই লৈরগনি মদুগী

فِيهَا ۚ وَذَٰلِكَ جَزَاءُ مَن تَزَكَّىٰ ﴿٧٦﴾

মনুংদা (মতম-পুম্বা)। অদুগা মদু মনা-মথিননি মশাবু শেংনা থমজবা মীওইশিংদুগী।

৪ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ أَوْحَيْنَا إِلَىٰ مُوسَىٰ أَنْ أَسْرِ بِعِبَادِي فَاضْرِبْ لَهُمْ طَرِيقًا فِي الْبَحْرِ يَبَسًا لَّا تَخَافُ دَرَكًا وَلَا تَخْشَىٰ ﴿٧٧﴾

৭৮। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা খঙহনবিখি মুসাদা, অসি হায়দুনাঃ পুদুনা চৎখ্রো ঐগী ইনাইশিংবু অহিং তাংলৌদা, অমসুং ফু (সমুদ্র ঈমায়থক্তা নংগী পায়ন চৈশুনা) ফংনবা মখোইগীদমক্তা অকংবা লম্বী অমা সমুদ্র (গী খোঙনুং)দা, তুজুং-মিপাইবা তৌগনু ফাখিনি হয়বগী নত্ত্রগা করিসু কিগনু।

فَأَتْبَعَهُمْ فِرْعَوْنُ بِجُنُودِهِ فَغَشِيَهُم مِّنَ الْيَمِّ مَا غَشِيَهُمْ ﴿٧٨﴾

৭৯। অদুগী মতমদা ফিরঔন্না তান্নরকলম্মী মখোইবু মহাক্কী তেঙ্গোলশিংগা লোয়ননা, অমসুং সমুদ্রগী (ঈশিংনা) কুপশনবিখি মখোইবু (করিগুম্বা অমা) কুপশনবগুম্না।

وَأَضَلَّ فِرْعَوْنُ قَوْمَهُ وَمَا هَدَىٰ ﴿٧٩﴾

৮০। অদুগা ফিরঔন্না লম্মুকহনবিখি মহাক্কী মীশিংবু অমসুং লমজিংবিখিদে মখোইবু চুম্না;

يَا بَنِي إِسْرَائِيلَ قَدْ أَنجَيْنَاكُم مِّنْ عَدُوِّكُمْ وَوَاعَدْنَاكُمْ جَانِبَ الطُّورِ الْأَيْمَنَ وَنَزَّلْنَا عَلَيْكُمُ الْمَنَّ وَالسَّلْوَىٰ ﴿٨٠﴾

৮১। হে ইস্রাঈল মচাশিং! তশেংবমক ঐখোইনা কনবিখি নখোইবু নখোইগী য়েক্কবদগী, অমসুং ঐখোইনা তৌবিখি রাশক অমা নখোইদা য়েৎথংবা নাকলদা (সিনাই) চীংগী, অমসুং ঐখোইনা থাবিখি নখোইদা 'মন্ন' অমসুং 'সলরা' (নচিঞ্জাক ওইনা)।

كُلُوا مِن طَيِّبَاتِ مَا رَزَقْنَاكُمْ وَلَا تَطْغَوْا فِيهِ فَيَحِلَّ عَلَيْكُمْ غَضَبِي ۖ وَمَن يَحْلِلْ عَلَيْهِ غَضَبِي فَقَدْ هَوَىٰ ﴿٨١﴾

৮২। (হুকুমসি তৌবিখিঃ) চাও অফবা পোৎশিংতা ঐখোইনা পীখিবদু নখোইগীদমক্তা, অমসুং লম হেন্দোক্কনু মদুগী মরমদা, নত্ত্রবদি ঐগী অশাউবা লাকপা য়াই নখোইগী নথক্তা; অমসুং কনাগুম্বগী মথক্তা ঐগী অশাউবা লাকখ্রবা মহাকদু তাক-তুমগনি।

وَإِنِّي لَغَفَّارٌ لِّمَن تَابَ وَآمَنَ وَعَمِلَ صَالِحًا ثُمَّ اهْتَدَىٰ ﴿٨٢﴾

৮৩। তৌইগুম্বসুং ঐদি তশেংনমক য়োনজ-কোকপিহৈবনি মপাপকী নুংনাংবা ফোংদোক-চবশিংদা অমসুং অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা থবকশিং খোঙফম্মনরবা, অদুগী তুংদা লমজিং কায়দনা ইল্লবদি।

৮৪। অদুগা নং করিগী অসুক থুনা লাকখিবগে নংগী মীশিংদগী (খায়দোক্কুনা), হে মুসা !

وَمَا أَعْجَلَكَ عَن قَوْمِكَ يَا مُوسَىٰ ﴿٨٣﴾

৮৫। মহাকনা হায়খিঃ মখোই য়াম্না নক্না ইন্নরকখি ঐগী খোঙ্গুল তুংইন্দুনা, অমসুং ঐদি মিপাই থবাই লাকখ্রে নহাক্কী ননাক্তা, ঐগী মপুও ! অদুনা নহাকনা য়াবিনবা।

قَالَ هُمْ أُولَاءِ عَلَىٰ أَثَرِي وَعَجِلْتُ إِلَيْكَ رَبِّ لِتَرْضَىٰ ﴿٨٤﴾

৮৬। অল্লাহনা হায়বিখিঃ ঐখোইনা তশেংবমক চাং য়েংবিখ্রে নংগী মীশিংবু নং লৈতবদা, অমসুং সামিরী (লৌনমজাওব)না লম্মুক্কহনবিখ্রে মখোইবু।

قَالَ فَإِنَّا قَدْ فَتَنَّا قَوْمَكَ مِن بَعْدِكَ وَأَضَلَّهُمُ السَّامِرِيُّ ﴿٨٥﴾

৮৭। মরমদুনা মুসানা হল্লকখি মহাক্কী মীশিংদা অশাউবা অমসুং আৱাবা (অনি)না থাব্রাংনদুনা। মহাকনা হায়খিঃ হো ঐগী মীশিং ! নখোইগী মপুনা রাশকপিখিদব্রা নখোইদা থোইনা ফবা রাশক অমা ? লেপ্পিখিনা মতমদু য়াম্না কুইনা ওইনা থোকখ্রব্রা নখোইদা নত্তুগা নখোইগী মপুদগী অশাউবা লাকহনগে হায়দুনা নখোইদা— নখোইনা থুগায়খিব্রা নখোইগী রাশক তৌখিবদু ঐঙোন্দা ?

فَرَجَعَ مُوسَىٰ إِلَىٰ قَوْمِهِ غَضْبَانَ أَسِفًا ۚ قَالَ يَا قَوْمِ أَلَمْ يَعِدْكُمْ رَبُّكُمْ وَعْدًا حَسَنًا ۚ أَفَطَالَ عَلَيْكُمُ الْعَهْدُ أَمْ أَرَدتُّمْ أَن يَحِلَّ عَلَيْكُمْ غَضَبٌ مِّن رَّبِّكُمْ فَأَخْلَفْتُم مَّوْعِدِي ﴿٨٦﴾

৮৮। মখোইনা পাওখুমখিঃ ঐখোইনা থুগায়খিদে ঐখোইগী রাশক তৌখিবদু নংঙোন্দা ঐখোইনা তৌগীংনা : তৌইগুম্বসুং ঐখোইবু নম্বোহনবিখি মীগী লিককোলশিংগী পোৎলুম, অদুগী তুংদা ঐখোইনা হুনজনখি মখোইদু (মৈনুংদা), অমসুং অদুগুম্না সামিরীনসু হুনজনখি (মহাকনা খোমজনখিবদু)।

قَالُوا مَا أَخْلَفْنَا مَوْعِدَكَ بِمَلْكِنَا وَلَٰكِنَّا حُمِّلْنَا أَوْزَارًا مِّن زِينَةِ الْقَوْمِ فَقَذَفْنَاهَا فَكَذَٰلِكَ أَلْقَى السَّامِرِيُّ ﴿٨٧﴾

৮৯। অদুগী তুংদা মহাকনা পুথোরকখি মখোইগীদমক্তা যণনাওগী মূর্তি অমা (মথরাইদি য়াওদবা) মো খোঙবনি। অদুগা মখোইনা হায়খিঃ "মসি নখোইগী খোয়ম লাইনি অমসুং মুসাগীসু খোয়ম লাইনি।" মরমদুনা মহাকনা থাদোকখ্রে (মুসাগী ধর্ম্ম)।

فَأَخْرَجَ لَهُمْ عِجْلًا جَسَدًا لَّهُ خُوَارٌ فَقَالُوا هَٰذَا إِلَٰهُكُمْ وَإِلَٰهُ مُوسَىٰ فَنَسِيَ ﴿٨٨﴾

أَفَلَا يَرَوْنَ أَلَّا يَرْجِعُ إِلَيْهِمْ قَوْلًا وَلَا يَمْلِكُ لَهُمْ ضَرًّا وَلَا نَفْعًا ﴿٨٩﴾

৯০। মখোইনা উখিদব্রা মদুনা পাওখুমখিদে মখোইদা (মখোইনা খাজং থৌনি তৌজখিবদা) অমসুং মপাঙ্গল লৈখিদে মখোইদা অমাঙবা নত্রগা কান্নবা তৌবগী?

৫ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ قَالَ لَهُمْ هَارُونُ مِنْ قَبْلُ يَٰقَوْمِ إِنَّمَا فُتِنتُم بِهِۦ ۖ وَإِنَّ رَبَّكُمُ ٱلرَّحْمَٰنُ فَٱتَّبِعُونِى وَأَطِيعُوٓا۟ أَمْرِى ﴿٩٠﴾

৯১। অদুগা তশেংবমক হারুন্না হায়খি মখোইদা অসিগী মমাংদা ঃ হো ঐগী কাঙলুপ! নখোইবু চাং য়েংলিবনি (যণনাও) অসিগী মতেংনা; তৌইগুম্বসুং নখোইগী মপুদি তশেংবমক থৌজালবিহেবনি, মরমদুনা ইল্লু ঐগী ইতুং অমসুং ইল্লু ঐগী ইয়াথং।

قَالُوا۟ لَن نَّبْرَحَ عَلَيْهِ عَٰكِفِينَ حَتَّىٰ يَرْجِعَ إِلَيْنَا مُوسَىٰ ﴿٩١﴾

৯২। মখোইনা পাওখুমখি ঃ ঐখোইনা তোকলরোই মসিবু ঈরাৎ পূজা তৌবা মুসানা হল্লক্তরিবা ফাওবা ঐখোইদা।

قَالَ يَٰهَٰرُونُ مَا مَنَعَكَ إِذْ رَأَيْتَهُمْ ضَلُّوٓا۟ ﴿٩٢﴾

৯৩। মুসানা (চীংদগী হল্লকলগা) হায়খি ঃ হে হারুন! করিনা থিংখিবগে নংবু নংনা উথ্রবমক্তদা মখোই লম্বী ফৈরেংনখ্রে হায়বা,

أَلَّا تَتَّبِعَنِ ۖ أَفَعَصَيْتَ أَمْرِى ﴿٩٣﴾

৯৪। নংনা ঐগী তুং ইল্লকখিদবসিবু? নংসু হায়বা ইন্দ্রব্রা ঐগী ইয়াথং?

قَالَ يَبْنَؤُمَّ لَا تَأْخُذْ بِلِحْيَتِى وَلَا بِرَأْسِىٓ ۖ إِنِّى خَشِيتُ أَن تَقُولَ فَرَّقْتَ بَيْنَ بَنِىٓ إِسْرَٰٓءِيلَ وَلَمْ تَرْقُبْ قَوْلِى ﴿٩٤﴾

৯৫। হারুন্না পাওখুমখি ঃ পল্লেম ইমাগী মচানিপা! (অকনবনা) ফাবিগনু ঐবু খদাং কোই নত্রগা ইকোক (কী শমদোং) পায়দুনা। তশেংবমক ঐ অকিবা শরুক্লখি নংনা অসি হায়রগদ্রা ঃ "(হারুন) নংনা কাঙলুপ থোকহনবিখ্রে ইস্রাঈল মচাশিংগী মরক্তা অমসুং ঙাইরমদে ঐগী ইরাহৈ।"

قَالَ فَمَا خَطْبُكَ يَٰسَٰمِرِىُّ ﴿٩٥﴾

৯৬। মুসানা হায়খি ঃ "নং করি হায়নীংই, হে সামিরী?"

قَالَ بَصُرْتُ بِمَا لَمْ يَبْصُرُوا۟ بِهِۦ فَقَبَضْتُ قَبْضَةً مِّنْ أَثَرِ ٱلرَّسُولِ فَنَبَذْتُهَا وَكَذَٰلِكَ سَوَّلَتْ لِى نَفْسِى ﴿٩٦﴾

৯৭। মহাকনা পাওখুমখি ঃ "ঐনা খঙখি (ইস্রাঈলশিং) মখোইনা খঙদবদু; মরমদুনা ঐনা লৌখি খুবাম অমতা রসুল (নং)গী তম্বিবদগী, তৌইগুম্বসুং ঐনা হুন্দোকখ্রে মদু (ফাওবা): অসুম্না ঐগী থৱাইনা পুথোকখিবনি ঐঙোন্দা॥

قَالَ فَاذْهَبْ فَإِنَّ لَكَ فِي الْحَيَوٰةِ أَنْ تَقُولَ لَا مِسَاسَ ۖ وَإِنَّ لَكَ مَوْعِدًا لَّنْ تُخْلَفَهُ ۖ وَانْظُرْ إِلَىٰٓ إِلَٰهِكَ الَّذِي ظَلْتَ عَلَيْهِ عَاكِفًا ۖ لَّنُحَرِّقَنَّهُ ثُمَّ لَنَنْسِفَنَّهُ فِي الْيَمِّ نَسْفًا ﴿٩٧﴾

৯৮। মুসানা হায়খি ঃ নং চৎখ্রো, নংগী (চৈরাক দণ্ডিদি) নপুন্সি চুপ্পা নং অসুম্না হায়বা ওইসনু (নংগা উন-উনবা মীশিংদা) ঃ "ঐবু শোকপিগনু"

অদুগা তশেংবমক (আখেরতকী চৈরাক দণ্ডি ওইনা) লৈ রাশক অমসু নংগী মদু ইশোয়-শোয়রোই পাংথোকপা নংগী মরমদা। হৌজিক য়েংউ নংগী খোয়ম লাইদা মদুগী নং ওইরে থরাই লুপলবা ভক্ত অমা। ঐখোইনা শোয়দনমক মৈ থাদোকপিগনি মসি অমসুং মসিগী মতুংদা ঐখোইনা চাইথোকপিগনি মসি (গী উৎ) সমুদ্র (ঈপাক)দা।

إِنَّمَآ إِلَٰهُكُمُ اللَّهُ الَّذِي لَآ إِلَٰهَ إِلَّا هُوَ ۚ وَسِعَ كُلَّ شَيْءٍ عِلْمًا ﴿٩٨﴾

৯৯। (হে মীওইবশিং !) নখোইগী লাইদি অল্লাহ অমতনি, মহাক নত্তবা চীঙু লাই কনামতা লৈতে। মহাকনা খঙই পোৎ পুম্নমক মহাক্কী জ্ঞান্না।

كَذَٰلِكَ نَقُصُّ عَلَيْكَ مِنْ أَنْبَآءِ مَا قَدْ سَبَقَ ۚ وَقَدْ آتَيْنَاكَ مِنْ لَّدُنَّا ذِكْرًا ﴿٩٩﴾

১০০। অসুম্না (ফোংদোকপিদুনা) ঐখোইনা লীবি নংঙোন্দা পাওজেনশিং মমাংঙৈদা থোকখিবা; অমসুং ঐখোইনা পীবি নংঙোন্দা নীংশিঙহন্নবা পোৎ অমা ঐখোইমক্তদগী ।

مَنْ أَعْرَضَ عَنْهُ فَإِنَّهُ يَحْمِلُ يَوْمَ الْقِيَٰمَةِ وِزْرًا ﴿١٠٠﴾

১০১। কনাগুম্বনা মমায় ওথোকলবদি মসিদগী, মহাক শোয়দনমক পুগনি (মহাক্কী ফত্তবগী) নম্বো পোৎলুম কিয়ামত নুমিত্তু,

خَٰلِدِينَ فِيهِ ۖ وَسَآءَ لَهُمْ يَوْمَ الْقِيَٰمَةِ حِمْلًا ﴿١٠١﴾

১০২। (পুদুনা) অদুম লৈগনি (মতম চুপ্পা)। অদুগা ফত্তবনি পোৎলুমদু মখোইদা কিয়ামত নুমিত্তা,

يَوْمَ يُنْفَخُ فِي الصُّورِ ۚ وَنَحْشُرُ الْمُجْرِمِينَ يَوْمَئِذٍ زُرْقًا ﴿١٠٢﴾

১০৩। নুমিৎ অদুদা পেরে শিঙ্গা খোংগনি; অমসুং নুমিৎ অদুদা ঐখোইনা পুন্নপ্না খোমজনগনি মরাল লৈরবশিংবু, (মখোইগী) মমিৎশিং শুকথগনি (য়ৌনা কি-থুক্কৎখিবনা);

يَتَخَٰفَتُونَ بَيْنَهُمْ إِنْ لَّبِثْتُمْ إِلَّا عَشْرًا ﴿١٠٣﴾

১০৪। মখোই মুরুম-মুরুম শোন্নগনি (অসি হায়দুনা) ঃ "নখোই লৈরম্মী (সংসারদা নুমিৎ) তরানিদং।"

نَحْنُ أَعْلَمُ بِمَا يَقُولُونَ إِذْ يَقُولُ أَمْثَلُهُمْ طَرِيقَةً

১০৫। ঐখোইনা মুন্না খঙই মখোইনা হায়গদৌরিবদু— মখোইগী মরক্তগী খ্বাইদগী হেন্না অফবা

إِنْ لَّبِثْتُمْ إِلَّا يَوْمًا ۝

শাজৎনবনা হায়গনিঃ "নখোই লৈরম্মী (সংসারদা) নুমিৎ অমতা।"

৬ শুবা রুকূ

وَيَسْـَٔلُوْنَكَ عَنِ الْجِبَالِ فَقُلْ يَنْسِفُهَا رَبِّيْ نَسْفًا ۝

১০৬। অদুগা মখোইনা রা হংলি নংগোন্দা চীংজাওশিংগী মরমদা। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "ঐগী মপুনা থুগায়বিগনি মচেৎ-মচেৎ তানা অমসুং কোয়চাই-চাইখায়বিগনি মখোইবু উফুলগুম্না।

فَيَذَرُهَا قَاعًا صَفْصَفًا ۝

১০৭। অদুগী তুংদা মহাকনা লৈহনবিগনি মখোই (গী মফমশিংদু)বু ইকোক-কোকপা লৈতেম মান্নবা লম ওইনা,

لَّا تَرٰى فِيْهَا عِوَجًا وَّلَآ اَمْتًا ۝

১০৮। মদুগী মনুংদা নংনা উবা ফংলোই কুপ্তবা নত্তগা অরাংবা করিমতা।

يَوْمَئِذٍ يَّتَّبِعُوْنَ الدَّاعِيَ لَا عِوَجَ لَهٗ ۚ وَخَشَعَتِ الْاَصْوَاتُ لِلرَّحْمٰنِ فَلَا تَسْمَعُ اِلَّا هَمْسًا ۝

১০৯। কোরৌ নোংজা অদুদা মখোইনা মতুং ইনগনি অকৌবা (মী)গী— মহাক্কী (তম্বিবদা) লৈতে অপৈবা করিমতা; অমসুং (মায়োক্ন-বশিংগী) খোঞ্জেন পুম্নমক (ঈচিক হুনবগুম) তুমিন্না লৈহনবিগনি থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)গী মমাংদা, মরমদুনা নংনা তারোই করিমতা (নংগী) অকোয়বদা) শউম পিক্না খোঙথাং থাংবগী মখোল নত্তনা।

يَوْمَئِذٍ لَّا تَنْفَعُ الشَّفَاعَةُ اِلَّا مَنْ اَذِنَ لَهُ الرَّحْمٰنُ وَرَضِيَ لَهٗ قَوْلًا ۝

১১০। কোরৌ নুমিৎ অদুদা রা তাইশিন্নবগী থবকনা কান্নবা পীরোই (মী কনামতবু) থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)নাময়াথং পীবা মহাক্কী নত্তনা, অমসুং মহাকনা হায়বা রা মহাকনা য়াবি।

يَعْلَمُ مَا بَيْنَ اَيْدِيْهِمْ وَمَا خَلْفَهُمْ وَلَا يُحِيْطُوْنَ بِهٖ عِلْمًا ۝

১১১। মহাকনা ইখঙ-খঙই মখোইগী মমাংদা থৌরম মতৌ লৈরিবসু অমসুং মখোইগী মতুংদা (থোরক্কদবগী) লৈরিবসু, তৌইগুম্বসুং মখোইনা করিসু খঙবা ঙমদে মদু মখোইগী জ্ঞান্না।

وَعَنَتِ الْوُجُوْهُ لِلْحَيِّ الْقَيُّوْمِ ۗ وَقَدْ خَابَ مَنْ حَمَلَ

১১২। অদুগা চেংলৌ মায়থোং পুম্নমক থোক-থোক লুকথগনি মমাংদা মতম-পুম্বা হিংদুনতা লৈবা, মতোম মশানা হিংবা অমসুং

ظُلْمًا ﴿١١٢﴾

পুম্নমক্কী চিঞ্জাক হুনবা (অল্লাহ)গী। অদুগা ফত্তবা (গী নম্বো পোৎলুম) পুবা মহাক তশেংবমক মাঙ-তাক্কনি।

وَمَنْ يَّعْمَلْ مِنَ الصّٰلِحٰتِ وَهُوَ مُؤْمِنٌ فَلَا يَخٰفُ ظُلْمًا وَّلَا هَضْمًا ﴿١١٣﴾

১১৩। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা লম্বীনরবা অফবা থবকশিং অমসুং অচুম্বা থাজবা ওইরবা, অদু ওইরবদি মহাক কিনঙাই লৈতে চুমদনা তৌবিনি হায়বগী নত্তগা (মহাক্কী ফংফম থোকপা) মাঙগনি হায়বগী।

وَكَذٰلِكَ اَنْزَلْنٰهُ قُرْاٰنًا عَرَبِيًّا وَّصَرَّفْنَا فِيْهِ مِنَ الْوَعِيْدِ لَعَلَّهُمْ يَتَّقُوْنَ اَوْ يُحْدِثُ لَهُمْ ذِكْرًا ﴿١١٤﴾

১১৪। অসুম্না ঐখোইনা থাবিখি মসি — কুরআন অরবী (লোল)দা অমসুং ঐখোইনা শুগায়না তাকপিখি মদুগী মনুংদা চেকশনহন্নবগী পাওমেন কয়া, অদুনা মখোইনা কিজনবা (মখোইগী মপুবু) নত্তগা মসিনা মখোইবু নীংশিঙহন্নবা (মহাকপু)।

فَتَعٰلَى اللّٰهُ الْمَلِكُ الْحَقُّ ۚ وَلَا تَعْجَلْ بِالْقُرْاٰنِ مِنْ قَبْلِ اَنْ يُّقْضٰٓى اِلَيْكَ وَحْيُهٗ ۚ وَقُلْ رَّبِّ زِدْنِيْ عِلْمًا ﴿١١٥﴾

১১৫। (শক্তি) ইরাং-রাংবা অল্লাহনি, নিংথৌরেন্নি, থাঙ্গেশেংবা অচুম্বনি! অমসুং (নং) তহাগনু কুরআন থীথনবা মদু (চাং নাইনা) ফোংদোকপিরকপা মপুং ফাদরিঙৈগী মমাংদা নংঙোন্দা, তৌইগুম্বসুং হায়যু (অসিতমক): "ঐগী মপুও! হেনগৎহনবিয়ু ঐগী জ্ঞান।"

وَلَقَدْ عَهِدْنَآ اِلٰٓى اٰدَمَ مِنْ قَبْلُ فَنَسِيَ وَلَمْ نَجِدْ لَهٗ عَزْمًا ﴿١١٦﴾ ع

১১৬। তশেংবমক, ঐখোইনা তৌবিখি করার অমা আদমদা হান্নুনা, তৌইগুম্বসুং মহাকনা কাওথোকখি (মদু), অমসুং ঐখোইনা ফংখিদে মঙোন্দা চপ যুংনা নীংবা (ঐখোইনা হায়বদা ইন্দবগী)।

৭ শুবা রুকূ

وَاِذْ قُلْنَا لِلْمَلٰٓئِكَةِ اسْجُدُوْا لِاٰدَمَ فَسَجَدُوْٓا اِلَّآ اِبْلِيْسَ ۗ اَبٰى ﴿١١٧﴾

১১৭। অদুগা (নীংশিংঙু মতমদু) ঐখোইনা হায়বিখিবদা ফরিশতহশিংদা: "চঙজৌ আদমদা," অমসুং মখোই (পুম্নমক) চঙজখি, ইবলিস নত্তনা। মহাক (হুকুম) য়াখিদে।

فَقُلْنَا يٰٓاٰدَمُ اِنَّ هٰذَا عَدُوٌّ لَّكَ وَلِزَوْجِكَ فَلَا

১১৮। মতমদুদা ঐখোইনা হায়বিখি: হে আদম! (ইবলিস) অসি য়েক্কবনি নংঙোন্দা অমসুং নংগী নতালোইদা; মরমদুনা মহাকপু তাথোকহনগনু

يُخْرِجَنَّكُمَا مِنَ الْجَنَّةِ فَتَشْقَىٰ ﴿١١٧﴾

নখোই অনিবু হৈকোন লৈকোন্দগী, মদু থোকপা তারবদি নং অৱাবা ওইগনি।

إِنَّ لَكَ أَلَّا تَجُوعَ فِيهَا وَلَا تَعْرَىٰ ﴿١١٨﴾

১১৯। তশেংবমক নংগীদমক পীরিবদি অসিনিঃ মদুগী মনুংদা নং (পুক্কী) অরাম্বা লৈরোই নত্তগা নং লৈরোই উম্বোৎ ওইবা,

وَأَنَّكَ لَا تَظْمَؤُا فِيهَا وَلَا تَضْحَىٰ ﴿١١٩﴾

১২০। অমসুং নং লৈরোই থৌরাংবা মদুগী মনুংদা নত্তগা লৈরোই নুংশাদা ফৌবা।

فَوَسْوَسَ إِلَيْهِ الشَّيْطَٰنُ قَالَ يَٰٓـَٔادَمُ هَلْ أَدُلُّكَ عَلَىٰ شَجَرَةِ الْخُلْدِ وَمُلْكٍ لَّا يَبْلَىٰ ﴿١٢٠﴾

১২১। মওং মতাদুদা শৈতান্না নাকোং ৱাপে হায়বিখ্রে মঙোন্দা; মহাকনা হায়খিঃ হে আদম! ঐনা তাকথোক্লসিরা নংঙোন্দা শিবা নাইদ্রবা উপাম্বী অমা অমসুং মতম-পুম্বদা মাঙ-তাকপা লৈতরবা লৈবাক অমা?

فَأَكَلَا مِنْهَا فَبَدَتْ لَهُمَا سَوْءَٰتُهُمَا وَطَفِقَا يَخْصِفَانِ عَلَيْهِمَا مِن وَرَقِ الْجَنَّةِ ۚ وَعَصَىٰٓ ءَادَمُ رَبَّهُۥ فَغَوَىٰ ﴿١٢١﴾

১২২। মরমদুনা মখোই অনিনা চাখি মদু (গী মহৈ অমসুং মখোইগী পুণ্য লৈবগী চরৈ ফিগোম্নরকখি অমসুং ফি য়াওখিদে) অদুনা মখোইগী ঈকায়বদু তশেংনা উখি, অমসুং মখোইনা কুপশনখি মশা উনাশিং (হেক্তু)না লৈকোন (অদু)দগী। অসুম্না আদমনা (অনীংবা য়াওদনা) ইনখিদে মহাক্কী মপুগী ময়াথং, মরমদুনা মহাক (কী পুন্সি) ওইখি য়াম্না নুংঙাইতবা।

ثُمَّ اجْتَبَاهُ رَبُّهُۥ فَتَابَ عَلَيْهِ وَهَدَىٰ ﴿١٢٢﴾

১২৩। অদুগী তুংদা মহাক্কী মপুনা খনবিখি মহাকপু (মহাক্কী থৌজালগী), অমসুং নুংশিবিখি মহাকপু (ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা) অমসুং লমজিংবিখি (মহাকপু)।

قَالَ اهْبِطَا مِنْهَا جَمِيعًا ۖ بَعْضُكُمْ لِبَعْضٍ عَدُوٌّ ۖ فَإِمَّا يَأْتِيَنَّكُم مِّنِّي هُدًى فَمَنِ اتَّبَعَ هُدَايَ فَلَا يَضِلُّ وَلَا يَشْقَىٰ ﴿١٢٣﴾

১২৪। অল্লাহনা হায়বিখিঃ চথোকখ্রো নখোই অনিমক মফম অসিদগী, নখোই অমগা অমগা দুশমননি। মরমদুনা (মতুং অসিদা) লাকপদা নখোইদা লমজিং ঐগী মায়কৈদগী, কনাগুম্বনা ইল্লবদি ঐগী লমজিং, মহাক লম্মুক্লরোই নত্তগা মহাক ওইরোই অরাবা শরুক্নবা।

وَمَنْ أَعْرَضَ عَن ذِكْرِي فَإِنَّ لَهُۥ مَعِيشَةً ضَنكًا

১২৫। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা মমায় ওথোকলবদি ঐগী নীংশিঙহল্লিবা পোত্তগী, মহাক্কীদমক ওইগনি (তাইবঙ পুন্সিসে) ৱাহনবা পুন্সি অমসুং

وَنَحْشُرُهٗ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ اَعْمٰى ﴿١٢٤﴾

শিবদগী অমসুকহন্না হিংগৎহনবিগদবা নুমিত্তা ঐখোইনা হৌগৎহনবিগনি মহাকপু মমিৎ তাংবা ওইনা।

قَالَ رَبِّ لِمَ حَشَرْتَنِيْٓ اَعْمٰى وَقَدْ كُنْتُ بَصِيْرًا ﴿١٢٥﴾

১২৬। মহাকনা হায়গনিঃ ঐগী মপুও! করি মরমগী নহাকনা হিংগৎহনবিরিবা ঐবু মিৎতাংবা ওইনা, ঐনা উনবগী শক্তি লৈরমলগা (তাইবঙ পুন্সিদা)?

قَالَ كَذٰلِكَ اَتَتْكَ اٰيٰتُنَا فَنَسِيْتَهَا ۚ وَكَذٰلِكَ الْيَوْمَ تُنْسٰى ﴿١٢٦﴾

১২৭। অল্লাহনা হায়বিগনিঃ অসুম্না ওইবা তাবনি; ঐখোইগী পাওজেনশিং লাকখি নংঙোন্দা অমসুং নংনা থৌওই-ব্লাওইখিদে মখোইবু (উশন-তাশন্নদদুনা) অমসুং অদুগুম্না নংবুসু থৌওই-ব্লাওইবিরোই ঙসি নুমিত্তা।

وَكَذٰلِكَ نَجْزِيْ مَنْ اَسْرَفَ وَلَمْ يُؤْمِنْۢ بِاٰيٰتِ رَبِّهٖ ۗ وَلَعَذَابُ الْاٰخِرَةِ اَشَدُّ وَاَبْقٰى ﴿١٢٧﴾

১২৮। অসুম্না ঐখোইনা মহে পীনবি কা হেনবা অমসুং মহাক্কী মপুগী পাওজেনশিংদা থাজদববু, অমসুং আখেরতকী ব্লায়েল-চৈরাকনা তমথীবা হেল্লি-অমসুং কুইব(সু) হেল্লি।

اَفَلَمْ يَهْدِ لَهُمْ كَمْ اَهْلَكْنَا قَبْلَهُمْ مِّنَ الْقُرُوْنِ يَمْشُوْنَ فِيْ مَسٰكِنِهِمْ ۗ اِنَّ فِيْ ذٰلِكَ لَاٰيٰتٍ لِّاُولِي النُّهٰى ﴿١٢٨﴾

১২৯। মসিনা পীদব্রা লমজিং মখোইদা মদুদি মীরোন কয়া ঐখোইনা মাঙ-তাকহনবিখ্রবা মখোইগী মমাংদা, মখোইগী (তুম্না মাঙ-হনবিখ্রবা) লৈফমশিংদা মখোইনা (হৌজিক) চৎলি (থোকলি)। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম্মশিং (পুকনিং ব্লাখল তৌনবা) জ্ঞান লৈবা মীওইশিংগী।

৮ শুবা রুকূ

وَلَوْلَا كَلِمَةٌ سَبَقَتْ مِنْ رَّبِّكَ لَكَانَ لِزَامًا وَّاَجَلٌ مُّسَمًّى ﴿١٢٩﴾

১৩০। অদুগা ব্লাহে অমা হান্না থোকখিরমদ্রবদি-নংগী মপুদগী অমসুং অকক্লবা মতম অমা (হান্না) লেপ্পিরমদ্রবদি, (অথুবা ব্লায়েল-চৈরাক) শোয়-দনমক থোকলমগনি (মখোইনা ফত্তরম লম্বীনবগী)।

فَاصْبِرْ عَلٰى مَا يَقُوْلُوْنَ وَسَبِّحْ بِحَمْدِ رَبِّكَ قَبْلَ

১৩১। মরমদুনা থাংহৈনা থাংঙু মখোইনা ঙাঙ-শকপদু (নংগী মায়োক্তা) অমসুং (পোত্থাবা ফংনবগী) ঈকাইখুম্নবগা লোয়নন্না শোল্লু

طُلُوْعِ الشَّمْسِ وَقَبْلَ غُرُوْبِهَا ۚ وَمِنْ اٰنَآئِ الَّيْلِ فَسَبِّحْ وَاَطْرَافَ النَّهَارِ لَعَلَّكَ تَرْضٰى ﴿١٣٠﴾

থাগৎপগী- লাইশোল নংগী মপুগী নুমিৎ থোক্তরিঙৈগী মমাংদা অমসুং নুমিৎ তাদরিঙৈগী মমাংদা; অমসুং শোল্লু থাগৎপগী লাইশোল (মহাক্কী) অহিং তাংলৌদা অমসুং নুংথিলগী শরুক্তা, অদুনা নংনা ফংজনবা (অশেংবা) নুংঙাইবা (থম্মোইগী)।

وَلَا تَمُدَّنَّ عَيْنَيْكَ اِلٰى مَا مَتَّعْنَا بِهٖٓ اَزْوَاجًا مِّنْهُمْ زَهْرَةَ الْحَيٰوةِ الدُّنْيَا ۙ لِنَفْتِنَهُمْ فِيْهِ ۗ وَرِزْقُ رَبِّكَ خَيْرٌ وَّاَبْقٰى ﴿١٣١﴾

১৩২। অদুগা চেংলৌ নমিৎ থিৎনা য়েংলুগনু ঐখোইনা পীখিবগী মরমদা তোঙান-তোঙানবা কাঙলুপ (কী মীশিং)দা মখোইগী মরক্তা (নুংঙাইজনবা মতম খরদং) তাইবঙ পুন্সিগী অপান-অরং ফংহনবিদুনা, অদুনা ঐখোইনা চাংয়েংনবা মখোইবু মদুনা। অদুগা নংগী মপুগী থৌরাংলিবা পোৎশিংনা ফবা হেল্লি অমসুং লোম্বা লৈতে।

وَاْمُرْ اَهْلَكَ بِالصَّلٰوةِ وَاصْطَبِرْ عَلَيْهَا ۗ لَا نَسْـَٔلُكَ رِزْقًا ۗ نَحْنُ نَرْزُقُكَ ۗ وَالْعَاقِبَةُ لِلتَّقْوٰى ﴿١٣٢﴾

১৩৩। অদুগা নয়াথং পীয়ু নমাজ তৌনবগী নংগী মীশিংদা অমসুং নপুকনিং চেৎনা ওনশল্লু মদুদা। ঐখোইনা হায়দে নংঙোন্দা চিঞ্জাক পীয়ু; ঐখোইনা পীবি নংগী (চিঞ্জাক ঃ নপুক্কী অমসুং নথরাইগী)। অদুগা (অফবা) পোল্লোইদি ধর্ম্ম কায়দবশিং-গীনি।

وَقَالُوْا لَوْلَا يَاْتِيْنَا بِاٰيَةٍ مِّنْ رَّبِّهٖ ۗ اَوَلَمْ تَاْتِهِمْ بَيِّنَةُ مَا فِى الصُّحُفِ الْاُوْلٰى ﴿١٣٣﴾

১৩৪। অদুগা মখোইনা হায়ঃ করি মরমগী মহাকনা পুরক্তবগে খুদম অমতা মহাক্কী মপুদগী: (নং হংঙু মখোইদা ঃ) লাকখিদব্রা মখোইদা তশেংবা প্রমাণ মমাংঙৈগী ধর্ম্ম শাস্ত্রংদা য়াওবা ?

وَلَوْ اَنَّآ اَهْلَكْنٰهُمْ بِعَذَابٍ مِّنْ قَبْلِهٖ لَقَالُوْا رَبَّنَا لَوْلَآ اَرْسَلْتَ اِلَيْنَا رَسُوْلًا فَنَتَّبِعَ اٰيٰتِكَ مِنْ قَبْلِ اَنْ نَّذِلَّ وَنَخْزٰى ﴿١٣٤﴾

১৩৫। অদুগা করিগুম্বা ঐখোইনা মাঙহল্লমলবদি মখোইবু চৈরাক অমা থাবিদুনা (রসুল অসি লাক্তরিঙৈগী মমাংদা), মখোইনা শোয়দনমক হায়রমগনি ঃ "ঐখোইগী মপুও! করি মরমগী নহাকনা থাবিরকখিদবগে রসুল অমা ঐখোইদা অদুনা ঐখোইনা ইনজরম্নবা নহাক্কী হুকুমশিং ঐখোইবু তোন্থহনবিদ্রিঙৈ অমসুং ঈকাই ফিরুক খুমহনবিদ্রিঙৈগী মমাংদা ?"

قُلْ كُلٌّ مُّتَرَبِّصٌ فَتَرَبَّصُوا ۖ فَسَتَعْلَمُونَ مَنْ أَصْحَابُ الصِّرَاطِ السَّوِيِّ وَمَنِ اهْتَدَىٰ ﴿١٣٥﴾

১৩৬। (নং) হায়য়ু ঃ (ঐখোই) খুদিংমক ঙাইরিএ (ফল), মরমদুনা নখোইসু ঙাইখো ; থুনা নখোই খঙলক্কনি কনানা অচুম্বা লম্বীনবা অমসুং লমজিং ইনবা।



অল-অনবিয়া সূরহ ২১

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ১১৩ নি)

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ﴿١﴾

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

اقْتَرَبَ لِلنَّاسِ حِسَابُهُمْ وَهُمْ فِي غَفْلَةٍ مُّعْرِضُونَ ﴿٢﴾

২। নকশল্লকখ্রে মীওইবশিংগী হিসাব শেং-দোক্লবগী মতম তৌইগুম্বসুং (ধর্ম্ম চত্তবা মক্কহ-ৱালাশিং) মখোইনা থৌশা-ৱাশাদনা মমায় ওন্থোকলি।

مَا يَأْتِيهِم مِّن ذِكْرٍ مِّن رَّبِّهِم مُّحْدَثٍ إِلَّا اسْتَمَعُوهُ وَهُمْ يَلْعَبُونَ ﴿٣﴾

৩। লাক্তে মখোইদা অনৌবা নীংশিঙহন্নব (গী পাওজেন) অমতা মখোইগী মপুদগী, তৌইগুম্বসুং মখোইনা তারগা মদু মখোইনা তৌই শান্নবদৌনা (মদু)।

لَاهِيَةً قُلُوبُهُمْ ۗ وَأَسَرُّوا النَّجْوَى الَّذِينَ ظَلَمُوا هَلْ هَٰذَا إِلَّا بَشَرٌ مِّثْلُكُمْ ۖ أَفَتَأْتُونَ السِّحْرَ وَأَنتُمْ تُبْصِرُونَ ﴿٤﴾

৪। মখোইগী মথম্মোইশিং নীঙঙাইদনা লৈ। অদুগা মখোই অরানবা লম্বীনবশিং তুমিন-তুমিন্না ৱা শুংনৈ (মদুগী মায়োক্তা)— (অমসুং হায়) ঃ "মহাকসিবু নত্তৱা নখোইগুম্বা মী অমা ? নখোই হেক্তমক য়ানীংলৱা মহাক্কী মন্ত্র-যন্ত্রদা নখোইনা (স্বয়ং) উরবমক্তদা নখোইগী মিংশিংনা ?"

قَالَ رَبِّي يَعْلَمُ الْقَوْلَ فِي السَّمَاءِ وَالْأَرْضِ ۖ وَهُوَ السَّمِيعُ الْعَلِيمُ ﴿٥﴾

৫। (মসিগী পাওখুম ওইনা রসুলনা) হায়খি ঃ "ঐগী মপুনা খঙই ঙাঙলি-শকলিবা (খুদিংমক) আসমান অমসুং পৃথিবীদা ; অমসুং মহাক্তি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।"

بَلْ قَالُوْٓا اَضْغَاثُ اَحْلَامٍۢ بَلِ افْتَرٰىهُ بَلْ هُوَ شَاعِرٌ ۚۖ فَلْيَاْتِنَا بِاٰيَةٍ كَمَآ اُرْسِلَ الْاَوَّلُوْنَ ٥

৬। নত্ত্রে, মখোইনা হায়ঃ "পুম্নমকসি মখল-মখলগী মঙলানশিংনি! নত্ত্রে, মহাকনা চালাকী তৌবনি মসি! নত্ত্রে, মহাক কবিনি! মরমদুনা মহাক পুরকসনু ঐখোইদা খুদম অমা মমাংঙৈগী (নবীশিংবু) থারকখিবগুম্না (খুদম-শিংগা লোয়ননা)।

مَآ اٰمَنَتْ قَبْلَهُمْ مِّنْ قَرْيَةٍ اَهْلَكْنٰهَا ۚ اَفَهُمْ يُؤْمِنُوْنَ ٦

৭। শহরশিং (দা লৈরম্বা মীশিং), মখোইগী মমাংদা ঐখোইনা (হান্নরা) মাঙ-তাকহনবিখ্রবনা, অচুম্বা থাজখিদে। মরমদুনা মখোই (হৌজিক) অচুম্বা থাজগদ্রা ?

وَمَآ اَرْسَلْنَا قَبْلَكَ اِلَّا رِجَالًا نُّوْحِيْٓ اِلَيْهِمْ فَسْـَٔلُوْٓا اَهْلَ الذِّكْرِ اِنْ كُنْتُمْ لَا تَعْلَمُوْنَ ٧

৮। অদুগা ঐখোইনা থাখিদে (নবী ওইনা), নংগী মমাংদা মী নত্তবা কনামতবু, মঙোন্দা ঐখোইনা থাবিখি (ঐখোইগী) রাপাও। মরমদুনা নখোই হংঙু নীংশিঙহনব (গী কিতাব) পাংবশিংদা, নখোইনা খঙদ্রবদি।

وَمَا جَعَلْنٰهُمْ جَسَدًا لَّا يَاْكُلُوْنَ الطَّعَامَ وَمَا كَانُوْا خٰلِدِيْنَ ٨

৯। নত্তুগা ঐখোইনা পীখিদে মখোইদা হকচাংশিং তাইবঙ চিঞ্জাক চাদবা, নত্তুগা ওইখিদে মখোই মতম-পুম্বদা হিংবা।

ثُمَّ صَدَقْنٰهُمُ الْوَعْدَ فَاَنْجَيْنٰهُمْ وَمَنْ نَّشَآءُ وَاَهْلَكْنَا الْمُسْرِفِيْنَ ٩

১০। অদুগী তুংদা ঐখোইনা পুরা তৌবিখি (ঐখোইগী) রাশক তৌখিবদু মখোইদা: অমসুং ঐখোইনা কনবিখি মখোইবু অমসুং ঐখোইনা চানবিবশিংবু: অমসুং ঐখোইনা মাঙ-তাকহনবিখি কা হেন্দোকপশিংবু।

لَقَدْ اَنْزَلْنَآ اِلَيْكُمْ كِتٰبًا فِيْهِ ذِكْرُكُمْ ۗ اَفَلَا تَعْقِلُوْنَ ١٠

১১। তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখ্রে নখোইদা কিতাব অমা মদুনা পীগনি নখোইদা (মিংচং অমসুং) তাহেনবা শকফম। নখোইবু খঙদ্রব্রা ?

২ শুবা রুকূ

وَكَمْ قَصَمْنَا مِنْ قَرْيَةٍ كَانَتْ ظَالِمَةً وَّاَنْشَاْنَا بَعْدَهَا قَوْمًا اٰخَرِيْنَ ١١

১২। অদুগা শহর কয়া অরানবা লম্বীনবগীদমক ঐখোইনা তুম্না মাঙ-তাকহনবিখ্রবা অমসুং মখোইগী মতুংদা ঐখোইনা থোকহনবিখ্রবা অতোপ্পা মীশিং !

فَلَمَّآ اَحَسُّوْا بَأْسَنَآ اِذَا هُمْ مِّنْهَا يَرْكُضُوْنَ ﴿١٢﴾

১৩। মরমদুনা মখোইনা উখিবদা ঐখোইগী রায়েল-চৈরাক. য়েংউ! মখোইনা হৈখি চেংথোকপা মদুদগী।

لَا تَرْكُضُوْا وَارْجِعُوْٓا اِلٰى مَآ اُتْرِفْتُمْ فِيْهِ وَمَسٰكِنِكُمْ لَعَلَّكُمْ تُسْـَٔلُوْنَ ﴿١٣﴾

১৪। (ঐখোইনা হায়খি ঃ) "চেনগনু, তৌইগুম্বসুং হল্লকও (নখোইগী) নুংঙাইবা ফিবমদা মদুদা নখোইনা থোইনমক হরাও-তয়ামখিবদু অমসুং নখোইগী নতেফমশিংদা, অদুনা নখোইদা ৱা হং-থিননা (নখোইগী লমচৎকী মরমদা)।"

قَالُوْا يٰوَيْلَنَآ اِنَّا كُنَّا ظٰلِمِيْنَ ﴿١٤﴾

১৫। মখোইনা হায়খি ঃ আঃ ওথোকপনিদা! ঐখোই তশেংনমক অরানবা লম্বীনখিবশিংনি!"

فَمَا زَالَتْ تِّلْكَ دَعْوٰىهُمْ حَتّٰى جَعَلْنٰهُمْ حَصِيْدًا خٰمِدِيْنَ ﴿١٥﴾

১৬। অদুগী মতুংইন্না মখোইগী কপ-লাউবসি তোকপা লৈখিদে ঐখোইনা মখোইবু (লৌগী মতৌগুম্না) খাউদোক্কুনা (মৈ থাদোক্লগা) উৎ ওইহনখিদরিবা ফাওবা।

وَمَا خَلَقْنَا السَّمَآءَ وَالْاَرْضَ وَمَا بَيْنَهُمَا لٰعِبِيْنَ ﴿١٦﴾

১৭। অদুগা (মখোইনা খঙগদবনি) ঐখোইনা শেমখিদে আসমান অমসুং পৃথিবী অমসুং অনিগী মরক্তা লৈবা পুম্নমকসি শান্ননবগীদমক।

لَوْ اَرَدْنَآ اَنْ نَّتَّخِذَ لَهْوًا لَّاتَّخَذْنٰهُ مِنْ لَّدُنَّآ اِنْ كُنَّا فٰعِلِيْنَ ﴿١٧﴾

১৮। করিগুম্বা ঐখোইনা অপাম্বা লৈরমলবদি পোথানবা শান্নবগী ঐখোইনা শোয়দনমক ফং-লমগনি মদু ঐখোইগী ইনাকমক্তদগী. ঐখোইনা করিগুম্বা তৌবা তারমলবদি (অসিগুম্বা থবক)।

بَلْ نَقْذِفُ بِالْحَقِّ عَلَى الْبَاطِلِ فَيَدْمَغُهٗ فَاِذَا هُوَ زَاهِقٌ ۚ وَلَكُمُ الْوَيْلُ مِمَّا تَصِفُوْنَ ﴿١٨﴾

১৯। নত্তে, ঐখোইনা হুনজল্লি অচুম্বা অরানবগী মথক্তা, অমসুং অচুম্বনা থোমগায় অরানবগী মকোক, মরমদুনা য়েংউ! অরানবদু তুম্না মাঙখি। অদুগা নখোই অরাবনিদা! নখোইনা থৈজিল্লিবদু (শক্তি ইৱাং-ৱাংবা অল্লাহদা)!

وَلَهٗ مَنْ فِى السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۗ وَمَنْ عِنْدَهٗ لَا يَسْتَكْبِرُوْنَ عَنْ عِبَادَتِهٖ وَلَا يَسْتَحْسِرُوْنَ ﴿١٩﴾

২০। অদুগা অল্লাহগীনি আসমান অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা (জীব) পুম্নমক। অদুগা (স্বর্গী দুতশিং) মহাক্কী মনাক্তা লৈবশিংনা উশিৎ-থৌওইদবা তৌদে বন্দগী তৌবদা মহাক্কী নত্তগা মখোই চোকথবা লৈতে (মদু তৌবদা)

يُسَبِّحُوْنَ الَّيْلَ وَالنَّهَارَ لَا يَفْتُرُوْنَ ﴿٢٠﴾

২১। মখোইনা শকই মহাকপু থাগৎপগী শৈশক অহিং অমসুং নুংথিন্দা, মখোই নীংহনবা লৈতে।

أَمِ اتَّخَذُوٓا اٰلِهَةً مِّنَ الْاَرْضِ هُمْ يُنْشِرُوْنَ ﴿٢١﴾

২২। নত্তগা মখোইনা লৌব্রা খোয়ম লাইশিং পৃথিবী (গী পোৎশিং)দগী মখোইদুনা ঙম্ব্রা হিংগৎহনবা (অশিববু) ?

لَوْ كَانَ فِيْهِمَآ اٰلِهَةٌ اِلَّا اللّٰهُ لَفَسَدَتَا ۚ فَسُبْحٰنَ اللّٰهِ رَبِّ الْعَرْشِ عَمَّا يَصِفُوْنَ ﴿٢٢﴾

২৩। করিগুম্বা মখোইদা (-আসমান অমসুং পৃথিবীদা) লৈরমলবদি অতোপ্পা খোয়ম লাইশিং অল্লাহ নত্তবা, মখোই অনিমক শোয়দনা কাং-খোং চাইরমগনি। মরমদুনা অশেংবনি অল্লাহদি, কোইরেল ফম্বালগী মপুদি, (মহাক্তি) ৱাংনা লৈখ্রবনি মখোইনা থৈজিল্লিবা অদুদগী (মঙোন্দা)।

لَا يُسْـَٔلُ عَمَّا يَفْعَلُ وَهُمْ يُسْـَٔلُوْنَ ﴿٢٣﴾

২৪। (কোরৌ নোংমদোলগী অমসুং মালেম লৈকোয়বুংগী অশুপ্পা মপু) মহাকপু ৱা হংবা ঙমদে মহাকনা তৌবা (থবক)শিংগী, তৌইগুম্বসুং (মনাইশিংনা তৌবগীদি) মখোইদা ৱা হংবিগনি।

اَمِ اتَّخَذُوْا مِنْ دُوْنِهٖٓ اٰلِهَةً ۗ قُلْ هَاتُوْا بُرْهَانَكُمْ ۚ هٰذَا ذِكْرُ مَنْ مَّعِيَ وَذِكْرُ مَنْ قَبْلِيْ ۗ بَلْ اَكْثَرُهُمْ لَا يَعْلَمُوْنَ ۙ الْحَقَّ فَهُمْ مُّعْرِضُوْنَ ﴿٢٤﴾

২৫। মখোইনা লৌরব্রা (অতোপ্পা) খোয়ম লাইশিং অল্লাহদগী হেন্দোক্লা? হায়য়ু (মখোইদা)ঃ পুথোরকও নখোইগী দলিল। (কুরআন) অসি নীংশিঙহল্লিবা (কিতাব)নি ঐগা লোয়নরিবশিংগী অমসুং নীংশিঙহল্লিবনি ঐগী ইমাংদা লৈরম্বশিংগী। নত্তে, মখোই অয়াম্বনা খঙদে অচুম্বদু, মরমদুনা মখোই মমায় ওন্থোকই।

وَمَآ اَرْسَلْنَا مِنْ قَبْلِكَ مِنْ رَّسُوْلٍ اِلَّا نُوْحِيْٓ اِلَيْهِ اَنَّهٗ لَآ اِلٰهَ اِلَّآ اَنَا فَاعْبُدُوْنِ ﴿٢٥﴾

২৬। অদুগা ঐখোইনা থাখিদে রসুল অমতা নংগী মমাংদা তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা ফোংদোকপিখি মঙোন্দা (অসি হায়দুনা)ঃ “চীঙু লাই কনামতা লৈতে ঐ নত্তনা ; মরমদুনা বন্দগী তৌঐ(ত)গী।”

وَقَالُوا اتَّخَذَ الرَّحْمٰنُ وَلَدًا سُبْحٰنَهٗ ۗ بَلْ عِبَادٌ مُّكْرَمُوْنَ ۙ ﴿٢٦﴾

২৭। অদুগা মখোইনা হায়ঃ “থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)না লৌখ্রে মচা নিপা অমা।” অশেংবনি মহাক্তি। নত্তে, (মখোইনা মহাক্কী মচানিপাশিংনি হায়জিল্লিবদু) মখোইদু (মহাক্কী) ঈকাইখুম্নখ্রবা মনাইশিংনি।

لَا يَسْبِقُوْنَهٗ بِالْقَوْلِ وَهُمْ بِاَمْرِهٖ يَعْمَلُوْنَ ﴿٢٧﴾

২৮। মখোইনা ৱা ঙাঙদে (মপু) মহাক্কী চীন্থক থোংনা অমসুং মখোইনা তৌই (থবক) মহাক্কী য়াথং মতুংইন্না।

২৯। মহাকনা ইখঙ-খঙই মখোইগী মমাংদা লৈরিবসু অমসুং মতুংদা লৈরিবসু, অমসুং মখোইনা হায়বিবা ঙমদে (কনা অমগী) মহাকনা য়াবিবা (মী)গী নত্তনা, অমসুং মখোই চেকশন্না থবক তৌই মহাকপু কিবনা।

يَعْلَمُ مَا بَيْنَ أَيْدِيهِمْ وَمَا خَلْفَهُمْ وَلَا يَشْفَعُونَ إِلَّا لِمَنِ ارْتَضَىٰ وَهُمْ مِنْ خَشْيَتِهِ مُشْفِقُونَ

৩০। অদুগা মখোইগী মরক্তগী কনাগুম্বনা অসি হায়রবদি ঃ "তশেংবমক ঐ চীঙ্ক লাইনি মহাক্তা নত্তনা." মহাকপু ঐখোইনা লমল খুম্বিগনি নরক পীশনবিদুনা। অসুম্না ঐখোইনা লমল শিংবি অরানবা লম্বীনবশিংবু।

وَمَنْ يَقُلْ مِنْهُمْ إِنِّي إِلَٰهٌ مِنْ دُونِهِ فَذَٰلِكَ نَجْزِيهِ جَهَنَّمَ ۚ كَذَٰلِكَ نَجْزِي الظَّالِمِينَ

৩ শুবা রুকূ

৩১। লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা উদব্রা আসমান অমসুং পৃথিবীসি ওইরম্মী পুল্লপ্না তাশিনবা (মতুম)অম।, অদুগী তুংদা ঐখোইনা খায়দোক-পিখি মখোইবু ? অদুগা ঐখোইনা শেমখি ঈশিংদগী অহিংবা পোৎ খুদিংমক। মখোইবু অচুম্বা থাজরোইদ্রা ?

أَوَلَمْ يَرَ الَّذِينَ كَفَرُوا أَنَّ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضَ كَانَتَا رَتْقًا فَفَتَقْنَاهُمَا ۖ وَجَعَلْنَا مِنَ الْمَاءِ كُلَّ شَيْءٍ حَيٍّ ۖ أَفَلَا يُؤْمِنُونَ

৩২। অদুগা ঐখোইনা থম্বিখি অচেৎপা চীংজাওশিং পৃথিবীদা অদুনা মা থোক-থোক নোমদনবা (মীশিং)মখোইগা লোয়ননা ; অমসুং ঐখোইনা শেম্বিখি মদুগী মনুংদা অপাকপা খোঙলম্বীশিং, অদুনা মখোই (লায়না) চৎ-থোকপা য়ানবা।

وَجَعَلْنَا فِي الْأَرْضِ رَوَاسِيَ أَنْ تَمِيدَ بِهِمْ وَجَعَلْنَا فِيهَا فِجَاجًا سُبُلًا لَعَلَّهُمْ يَهْتَدُونَ

৩৩। অদুগা ঐখোইনা শেম্বিখি আসমানবু য়ুমথক ওইনা, নিংথীজনা ঙাক-শেনবিদুনা ; অদুম ওইনমক মখোইনা (মপুকনিং ঈরৈ চন্দুনা) মমায় ওন্থোকই মাগী খুদমশিংদগী।

وَجَعَلْنَا السَّمَاءَ سَقْفًا مَحْفُوظًا ۖ وَهُمْ عَنْ آيَاتِهَا مُعْرِضُونَ

৩৪। অদুগা মহাকননি শেম্বিখিবা অহিং অমসুং নুংথিল, অমসুং নুমিৎ অমসুং থা, মখোই খুদিং চৎলি মাগী-মাগী লম্বেলদা (কায়দনা)।

وَهُوَ الَّذِي خَلَقَ اللَّيْلَ وَالنَّهَارَ وَالشَّمْسَ وَالْقَمَرَ ۖ كُلٌّ فِي فَلَكٍ يَسْبَحُونَ

৩৫। অদুগা ঐখোইনা পীখিদে অমর ওইবা পুন্সি মী কনামতদা নংগী মমাংদা। নংনা শিরগা,

وَمَا جَعَلْنَا لِبَشَرٍ مِنْ قَبْلِكَ الْخُلْدَ ۖ أَفَإِنْ مِتَّ

فَهُمُ الْخٰلِدُوْنَ ۝٣٤

মখোইদি হিংলগদ্রা মতম-পুম্বগী ওইনা ?

كُلُّ نَفْسٍ ذَآئِقَةُ الْمَوْتِ ؕ وَ نَبْلُوْكُمْ بِالشَّرِّ وَ الْخَيْرِ فِتْنَةً ؕ وَ اِلَيْنَا تُرْجَعُوْنَ ۝٣٥

৩৬। থৱাই খুদিং তংগনি মাহাউ অশিবগী; অমসুং ঐখোইনা চাং য়েংবিগনি নখোইবু অফ-ফত্তবা ইনং-নংহনবিদুনা চাংয়েংগী মওংদা। অদুগা ঐখোইদা নখোই (শোয়দনমক) হল্লক্কদবনি।

وَ اِذَا رَاٰكَ الَّذِيْنَ كَفَرُوْۤا اِنْ يَّتَّخِذُوْنَكَ اِلَّا هُزُوًا ؕ اَهٰذَا الَّذِيْ يَذْكُرُ اٰلِهَتَكُمْ ۚ وَ هُمْ بِذِكْرِ الرَّحْمٰنِ هُمْ كٰفِرُوْنَ ۝٣٦

৩৭। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্মবশিংনা উরগা নংবু, মখোইনা নোক্লবতা মথংই নংবু (অসি হায়দুনা)ঃ "মী অসিরা মহাকনা (ফত্তনা) ঙাঙ-শকই হায়রিবদু নখোইগী খোয়ম লাই-শিংবু?" অদুগা মখোইনা (উশিৎ-থৌওইদনা) য়াদে থৌজালবিহৈবা (অল্লাহগী মমিং) পল্লকপদা।

خُلِقَ الْاِنْسَانُ مِنْ عَجَلٍ ؕ سَاُورِيْكُمْ اٰيٰتِيْ فَلَا تَسْتَعْجِلُوْنِ ۝٣٧

৩৮। তাইবঙ মীবু শেম-শাবিখি তফিং-তফিংবা নেচরনা শকপান্নদুনা। থুনা ঐনা উহনবিগনি নখোইবু ঐগী খুদমশিং, মরমদুনা হায়জগনু ঐঙোন্দা থুগৎহন্নবা।

وَ يَقُوْلُوْنَ مَتٰى هٰذَا الْوَعْدُ اِنْ كُنْتُمْ صٰدِقِيْنَ ۝٣٨

৩৯। অদুগা মখোইনা হায়ঃ "করম্বা মতমদা (ঐখোইবু চৈরাক থাবিগনি হায়বা) ৱাশক অসি পুরা তৌগদৌরি (হায়য়ু ঐখোইদা) নংনা অচুম্বা ঙাঙবা ওইরবদি।"

لَوْ يَعْلَمُ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا حِيْنَ لَا يَكُفُّوْنَ عَنْ وُّجُوْهِهِمُ النَّارَ وَ لَا عَنْ ظُهُوْرِهِمْ وَ لَا هُمْ يُنْصَرُوْنَ ۝٣٩

৪০। লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা করিগুম্বা খঙলমলবদি মতমদু মদুদা মখোইনা ঙমলম্মোই ঙাকথোকপা মৈদু মখোইগী মমায়শিংদগী নত্ত্রগা মখোইগী মনঙ্গনশিংদগী, অমসুং মখোইবু মতেং করিসু পাংবিরোই।

بَلْ تَاْتِيْهِمْ بَغْتَةً فَتَبْهَتُهُمْ فَلَا يَسْتَطِيْعُوْنَ رَدَّهَا وَ لَا هُمْ يُنْظَرُوْنَ ۝٤٠

৪১। নত্তে, মদু লাক্কনি মখোইদা খঙহৌদনা (নোং মংদনা বজ্র তাবগুম), অদুনা বুদ্ধি তাহল্লোই মখোইবু, মরমদুনা মখোইনা ঙমলোই থৈদোকপা মদু নত্ত্রগা পীররোই মখোইদা মতম খরা লেপ্পা (পোথাবা)।

وَ لَقَدِ اسْتُهْزِئَ بِرُسُلٍ مِّنْ قَبْلِكَ فَحَاقَ بِالَّذِيْنَ

৪২। অদুগা তশেংবমক রসুলশিংবু করেম্নবিখি

سَخِرُوا مِنْهُم مَّا كَانُوا بِهِ يَسْتَهْزِءُونَ

নংগী মমাংদা, মরমদুনা মখোইনা করেম্নখিবা অদুনা ওনশিন্দুনা লাঙ্গোয় চনবিখি করেম্নরম্বা মখোইবু।

৪ শুবা রুকূ

قُلْ مَن يَكْلَؤُكُم بِاللَّيْلِ وَالنَّهَارِ مِنَ الرَّحْمَٰنِ ۗ بَلْ هُمْ عَن ذِكْرِ رَبِّهِم مُّعْرِضُونَ

৪৩। হায়য়ু ঃ কনানা ঙাক-শেনবিগনি নখোইবু অহিংদা অমসুং নুংথিলদা থৌজালবিহৈবা অল্লাহদগী? অদুম ওইনমক মখোইনা মমায় ওন্থোকই নীংশিঙবদগী মখোইগী মপুবু।

أَمْ لَهُمْ آلِهَةٌ تَمْنَعُهُم مِّن دُونِنَا ۚ لَا يَسْتَطِيعُونَ نَصْرَ أَنفُسِهِمْ وَلَا هُم مِّنَّا يُصْحَبُونَ

৪৪। নত্রগা মখোইগী লৈরব্রা খোয়ম লাইশিং ঙাকপিবা ঙম্বা মখোইবু ঐখোইগী মায়োক্তা? মখোইনা ঙমদে তেংবাংজবা মশামকপু, নত্রগা মখোইবু তেংবাংবিরোই (কনামতনা) ঐখোইগী মায়োক্তা।

بَلْ مَتَّعْنَا هَٰؤُلَاءِ وَآبَاءَهُمْ حَتَّىٰ طَالَ عَلَيْهِمُ الْعُمُرُ ۗ أَفَلَا يَرَوْنَ أَنَّا نَأْتِي الْأَرْضَ نَنقُصُهَا مِنْ أَطْرَافِهَا ۚ أَفَهُمُ الْغَالِبُونَ

৪৫। নত্তে, ঐখোইনা পীবিখি মখোইদু অমসুং মখোইগী মপা মপুশিংবু (হন্দক্কী মপোক্কী অপান-অরংবশিং) মখোইগী মপুন্সি চুপ্পা ফাওবা। মখোই উদব্রা ঐখোই ইখোঙ থোংনা লাকলি মরমদমদা, ককথৎপিদুনা মদুগী চিদাই লমশিং? মখোইবু, মরমদুনা, ওইবা ঙমগদৌরিব্রা লানঙম্বশিং?

قُلْ إِنَّمَا أُنذِرُكُم بِالْوَحْيِ ۚ وَلَا يَسْمَعُ الصُّمُّ الدُّعَاءَ إِذَا مَا يُنذَرُونَ

৪৬। হায়য়ু ঃ "ঐনা পাওজেল্লি নখোইবু আসমানী ৱাপাওগী মতুংইন্না।" তৈইগুম্বসুং নাপঙবশিংনা করিসু তাদে কৌবদু মখোইবু পাওমেনবা মতমদা।

وَلَئِن مَّسَّتْهُمْ نَفْحَةٌ مِّنْ عَذَابِ رَبِّكَ لَيَقُولُنَّ يَا وَيْلَنَا إِنَّا كُنَّا ظَالِمِينَ

৪৭। অদুগা করিগুম্বা নংগী মপুগী ৱায়েল-চৈরাক্কী মনিললনা শোক্লবদি মখোইবু, মখোইনা শোয়দনমক (মিপাই-তথক্লুনা) হায়গনি ঃ "আঃ ওন্থোক্লা অরাবনি! ঐখোই তশেংবমক ওইরম্মী অরানবা লম্বীনবশিং।"

وَنَضَعُ الْمَوَازِينَ الْقِسْطَ لِيَوْمِ الْقِيَامَةِ فَلَا تُظْلَمُ

৪৮। অদুগা ঐখোইনা খিনবিগনি ৱায়েল-চৈরাক্কী পালা কিয়ামত নুমিত্তা, মরমদুনা থৱাই অমতবু খজিক্তা ফাওবা লান্না তৌবিরোই। অদুগা

نَفْسٌ شَيْـًٔا ۗ وَاِنْ كَانَ مِثْقَالَ حَبَّةٍ مِّنْ خَرْدَلٍ اَتَيْنَا بِهَا ۗ وَكَفٰى بِنَا حٰسِبِيْنَ ﴿٤٨﴾

হঙ্গাম মরু অমগা মান্ননা তৌখিবা (অফবা নত্ত্রগা ফত্তবা) ফাওবা, ঐখোইনা পুথোকপিগনি (হিসাবকী মতমদা)। অদুগা ঐখোই মতিক ওকপনি হিসাব-য়েংবা ওইবদা।

وَلَقَدْ اٰتَيْنَا مُوْسٰى وَهٰرُوْنَ الْفُرْقَانَ وَضِيَآءً وَّذِكْرًا لِّلْمُتَّقِيْنَ ﴿٤٩﴾

৪৯। অদুগা (মমাংঙৈদা) ঐখোইনা তশেংবমক পীখি মুসা অমসুং হারুন্দা মান্নদবা খন্দোকপগী খুদম অমসুং মঙাল অমা অমসুং নীংশিঙহন্নবগী (কিতাব) অমা ধর্ম্ম কায়দবা (মীওই)শিংগীদমক,

الَّذِيْنَ يَخْشَوْنَ رَبَّهُمْ بِالْغَيْبِ وَهُمْ مِّنَ السَّاعَةِ مُشْفِقُوْنَ ﴿٥٠﴾

৫০। মখোইদুনা কিজে মখোইগী মপুবু অরোনবদা অমসুং কিজে (ৱায়েল বিচারগী) পুংফমদু।

وَهٰذَا ذِكْرٌ مُّبٰرَكٌ اَنْزَلْنٰهُ ۗ اَفَاَنْتُمْ لَهٗ مُنْكِرُوْنَ ﴿٥١﴾

৫১। অদুগা ঐখোইনা থাবিখিবা (কুরআন) অসি য়াইফরবা নীংশিংহন্নিবা (কিতাব)নি। নখোই য়ানীংদব্রা মসিবু ?

৫ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ اٰتَيْنَآ اِبْرٰهِيْمَ رُشْدَهٗ مِنْ قَبْلُ وَكُنَّا بِهٖ عٰلِمِيْنَ ﴿٥٢﴾

৫২। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা পীখি ইব্রাহীমদা মহাক্কী লমজিং (অসিগী) মমাংদা অমসুং ঐখোইনা মুন্না শক খঙবিখি মহাকপু।

اِذْ قَالَ لِاَبِيْهِ وَقَوْمِهٖ مَا هٰذِهِ التَّمَاثِيْلُ الَّتِيْٓ اَنْتُمْ لَهَا عٰكِفُوْنَ ﴿٥٣﴾

৫৩। য়েংউ! মহাকনা হায়খি মহাক্কী মপাবুংদা অমসুং মহাক্কী মীশিংদাঃ ''করিনো মূর্তিশিংসি মখোইবু নখোইনা পূজা তৌবসিবু ?''

قَالُوْا وَجَدْنَآ اٰبَآءَنَا لَهَا عٰبِدِيْنَ ﴿٥٤﴾

৫৪। মখোইনা হায়খিঃ ''ঐখোইনা ফংখি ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংনা পূজা তৌবা মখোইবু।''

قَالَ لَقَدْ كُنْتُمْ اَنْتُمْ وَاٰبَآؤُكُمْ فِيْ ضَلٰلٍ مُّبِيْنٍ ﴿٥٥﴾

৫৫। মহাকনা হায়খিঃ ''তশেংবমক, নখোই নশামক অমসুং নপা-নপুশিংসু তশেং-তশেংনা লমফৈ-খোঙফম্নরবনি।''

قَالُوْٓا اَجِئْتَنَا بِالْحَقِّ اَمْ اَنْتَ مِنَ اللّٰعِبِيْنَ ﴿٥٦﴾

৫৬। মখোইনা হায়খিঃ ''নহাকনা (তশেংনা) পুরকখ্রবা অচুম্বদু ঐখোইদা নত্ত্রগা নহাকপু ওইরব্রা (অমা) ফাগিজাওবশিংগী মরক্তা ?''

قَالَ بَلْ رَّبُّكُمْ رَبُّ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ الَّذِيْ

৫৭। মহাকনা পাওখুমখিঃ ''নত্তে, নখোইগী মপুদি আসমান অমসুং পৃথিবীগী (লৈশেম-নুংশেম্বা) মপুনি, মহাকনা শেম-শাবিখি নখোইবু;

فَطَرَهُنَّ ۖ وَأَنَا عَلَىٰ ذَٰلِكُمْ مِّنَ الشَّٰهِدِينَ ﴿٥٧﴾

অমসুং ঐসু (অমনি) সাক্ষীশিংগী মরক্তা ৱাফম অসিদা।"

وَتَاللَّهِ لَأَكِيدَنَّ أَصْنَٰمَكُم بَعْدَ أَن تُوَلُّوا مُدْبِرِينَ ﴿٥٨﴾

৫৮। অদুগা অল্লাহগী কসম, ঐনা শোয়দনমক তৌবিগনি থৌরাং নখোইগী লাইগী মূর্তিশিংগী মায়োক্তা নখোইনা চৎথ্রবা মতুংদা (লাইশিংদগী) তুং হন্দোক্লুনা।

فَجَعَلَهُمْ جُذَٰذًا إِلَّا كَبِيرًا لَّهُمْ لَعَلَّهُمْ إِلَيْهِ يَرْجِعُونَ ﴿٥٩﴾

৫৯। মরমদুনা (মখোইনা চৎথ্রবা মতুংদা) মহাকনা মচেৎ-মচেৎ থুগায়খি মখোই (লাই মচা পুম্নমক)বু নত্তনা মখোইগী অচৌবদু, অদুনা মখোইনা হল্লকপদা মদুদা (য়েং-থিজিন্নবা)।

قَالُوا مَن فَعَلَ هَٰذَا بِـَٔالِهَتِنَآ إِنَّهُۥ لَمِنَ الظَّٰلِمِينَ ﴿٦٠﴾

৬০। মখোইনা (লাই-মচাশিং তেক-কায়দুনা লৈরম্বা উরদুনা) হায়খিঃ "কনাননো তৌরিবসি ঐখোইগী লাইশিংদা? তশেংবমক, মহাকদু ফত্তরম খোঙফম্নবনি।"

قَالُوا سَمِعْنَا فَتًى يَذْكُرُهُمْ يُقَالُ لَهُۥٓ إِبْرَٰهِيمُ ﴿٦١﴾

৬১। মখোই (খরনা) হায়খিঃ "ঐখোইনা তাখি নহা অমনা (থীন-য়াক্লা) ঙাঙখিবা (লাইশিং) মখোইবু, মহাক্কী মমিং ইব্রাহীম কৌই।"

قَالُوا فَأْتُوا بِهِۦ عَلَىٰٓ أَعْيُنِ النَّاسِ لَعَلَّهُمْ يَشْهَدُونَ ﴿٦٢﴾

৬২। মখোইনা (মখা শমথদুনা) হায়খিঃ "পুরকও মহাকপু (মফম অসিদা) মী খ্বাইগী মমাংদা, অদুনা মখোইনা সাক্ষী পীনবা (মহাক্কী মায়োক্তা)।"

قَالُوٓا ءَأَنتَ فَعَلْتَ هَٰذَا بِـَٔالِهَتِنَا يَٰٓإِبْرَٰهِيمُ ﴿٦٣﴾

৬৩। (ইব্রাহীম লাকখ্রবদা) মখোইনা হায়খিঃ "ঐখোইগী লাইশিংদা তৌবিরিবা অসি নংনা নত্তব্রা, হে ইব্রাহীম!"

قَالَ بَلْ فَعَلَهُۥ كَبِيرُهُمْ هَٰذَا فَسْـَٔلُوهُمْ إِن كَانُوا يَنطِقُونَ ﴿٦٤﴾

৬৪। মহাকনা (খঙশিন্নদবা শাদুনা) হায়খিঃ "অং, শোয়দনমক মসি কনাগুম্বা অমনা তৌখিবনি, মকোক ওইবা অসিদি লৈ (করিসু শোক-পন্দনা), মরমদুনা হংঙু মখোইদা মখোইনা ৱা ঙাঙবা ঙমলবদি।"

فَرَجَعُوٓا إِلَىٰٓ أَنفُسِهِمْ فَقَالُوٓا إِنَّكُمْ أَنتُمُ

৬৫। অদুনা মখোই অমগা-অমগা ওনশন্নখি অমসুং হায়খিঃ "(ঙাঙলিবা ৱাঙাঙসে ঈদুম

الظّٰلِمُوْنَ ﴿٦٥﴾

ঈকাইজৈ) নখোই নশামক তশেংনা অরানবা লম্বীনবশিংনি।"

ثُمَّ نُكِسُوْا عَلٰى رُءُوْسِهِمْ ۚ لَقَدْ عَلِمْتَ مَا هٰٓؤُلَآءِ يَنْطِقُوْنَ ﴿٦٦﴾

৬৬। অদুগী তুংদা মখোই মরু লুকথদুনা হায়খি (ইব্রাহীমদা)ঃ "তশেংবমক নংনা খঙলিবা অদুমঙাই মখোইসি রা ঙাঙদে।"

قَالَ اَفَتَعْبُدُوْنَ مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ مَا لَا يَنْفَعُكُمْ شَيْـًٔا وَّلَا يَضُرُّكُمْ ۗ ﴿٦٧﴾

৬৭। (নুংশি মেংলবা খোনফমনা) মহাকনা হায়খিঃ "নখোইনা ঈরাৎ-পুজা তৌব্রা অল্লাহ নত্তবা অসিগুম্বা পোৎশিং নখোইদা কান্নবা করিসু পীঙমদবা নত্ত্রগা অমাঙবা তৌঙমদবা নখোইবু ?

اُفٍّ لَّكُمْ وَلِمَا تَعْبُدُوْنَ مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ ۗ اَفَلَا تَعْقِلُوْنَ ﴿٦٨﴾

৬৮। "ঈকাইদা নখোইবু অমসুং নখোইনা ঈরাৎ-পুজা তৌরিবদু অল্লাহগী মহুত্তা! নখোইবু জ্ঞান লৈতরব্রা ?"

قَالُوْا حَرِّقُوْهُ وَانْصُرُوْٓا اٰلِهَتَكُمْ اِنْ كُنْتُمْ فٰعِلِيْنَ ﴿٦٩﴾

৬৯। মখোইনা (অশাউবা ফ্রং হাইগত্তুনা) হায়খিঃ "মৈ থাও মহাকপু অমসুং তেংবাংঙু নখোইগী লাইশিংবু, নখোইনা করিগুম্বা অমা তৌবা তারবদি (লয়ল খুম্বগী)।"

قُلْنَا يٰنَارُ كُوْنِيْ بَرْدًا وَّسَلٰمًا عَلٰٓى اِبْرٰهِيْمَ ﴿٧٠﴾

৭০। (মখোইনা নুংঙাইতবা অমসুং য়েংথীবগী মৈ হৈথ্রবদা, তৌঙমদবা লৈতবা) ঐখোইনা হায়বিখিঃ "হে মৈ! নং ঈংথৌ অমসুং খুদোংথীবা লৈতসনু ইব্রাহীমদা!"

وَاَرَادُوْا بِهٖ كَيْدًا فَجَعَلْنٰهُمُ الْاَخْسَرِيْنَ ﴿٧١﴾

৭১। অদুগা মখোইনা থৌরাংখি ফত্তবা তৌগাদবগী মহাকপু, তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা শরুক্রহনবিখি মখোইবু খ্বাইদগী -হেন্না ফত্তবা অমাঙবশিং।

وَنَجَّيْنٰهُ وَلُوْطًا اِلَى الْاَرْضِ الَّتِيْ بٰرَكْنَا فِيْهَا لِلْعٰلَمِيْنَ ﴿٧٢﴾

৭২। অদুগা ঐখোইনা কনবিখি মহাকপু অমসুং লুতপু (অমসুং পুবিরকখি মখোইবু অশেংবা) লমদা মদু ঐখোইনা য়াইফহনবিখ্রবনি মীশিংগীদমক।

وَوَهَبْنَا لَهٗٓ اِسْحٰقَ ۗ وَيَعْقُوْبَ نَافِلَةً ۗ وَكُلًّا جَعَلْنَا صٰلِحِيْنَ ﴿٧٣﴾

৭৩। অদুগা ঐখোইনা পীখি মহাকপু ইসহাক (মচানিপা) অমসুং য়াকুব (মশুনিপা), অমসুং ঐখোইনা ওইহনবিখি মখোই (পুম্নমক)বু ধর্ম্ম লৈবা।

وَجَعَلْنٰهُمْ اَئِمَّةً يَّهْدُوْنَ بِاَمْرِنَا وَاَوْحَيْنَآ

৭৪। অদুগা ঐখোইনা ওইহনবিখি মখোইবু

ফমলেন লুচিংবশিং মখোইনা লমজিংবিখি (মীশিংবু) ঐখোইগী হুকুমনা, অমসুং ঐখোইনা থাবিখি রাপাও মখোইদা তৌনবগী অফবা থবকশিং অমসুং নমাজ তৌনবগী অমসুং জকাত পীনবগী ; অমসুং মখোই ওইখি ভক্তশিং ঐখোইগী (অমসুং ঐখোইতগী)।

اِلَيْهِمْ فِعْلَ الْخَيْرٰتِ وَاِقَامَ الصَّلٰوةِ وَاِيْتَاۤءَ الزَّكٰوةِ ۚ وَكَانُوْا لَنَا عٰبِدِيْنَ ۚ

৭৫। অদুগা লুতদা ঐখোইনা পীখি মহৈ-মশিং অমসুং জ্ঞান, অমসুং ঐখোইনা কনবিখি মহাকপু (তুক্কচনঙাই ওইবা) শহরদগী মদু (গী মীশিং)না ঈকাইখঙদবা থবক লম্বীনখ্রবদা। তশেংবমক মখোই ওইখি ফত্তবা (অমসুং) লমকেৎ-লমহাইবা মীশিং।

وَلُوْطًا اٰتَيْنٰهُ حُكْمًا وَّعِلْمًا وَّنَجَّيْنٰهُ مِنَ الْقَرْيَةِ الَّتِيْ كَانَتْ تَّعْمَلُ الْخَبٰۤىِٕثَ ۗ اِنَّهُمْ كَانُوْا قَوْمَ سَوْءٍ فٰسِقِيْنَ ۙ

৭৬। অদুগা ঐখোইনা চঙহনবিখি মহাকপু ঐখোইগী ঙাকপি-কনবিব (গী পনখৈনুং) দা। তশেংবমক মহাক ওইরম্মী (অমা) ধর্ম্ম লৈবশিংগী।

وَاَدْخَلْنٰهُ فِيْ رَحْمَتِنَا ۗ اِنَّهٗ مِنَ الصّٰلِحِيْنَ ۠

৬ শুবা রুকূ

৭৭। অদুগা (নীংশিঙবু) নুহ (গী রারী) মহাকনা কৌজখি (ঐখোইবু মতেং পাংবিনবগী) মমাং-ঙৈদা, অমসুং ঐখোইনা তাবিখি মহাক্কী প্রার্থনা অমসুং কনবিখি মহাকপু অমসুং মহাক্কী ইমুংগী মীশিংবু অচৌবা অরাবদগী (ঈশিং ঈচাওগী)।

وَنُوْحًا اِذْ نَادٰى مِنْ قَبْلُ فَاسْتَجَبْنَا لَهٗ فَنَجَّيْنٰهُ وَاَهْلَهٗ مِنَ الْكَرْبِ الْعَظِيْمِ ۚ

৭৮। অদুগা ঐখোইনা তেংবাংবিখি মহাকপু ঐখোইগী পাওজেনশিং য়াখিদবশিংগী মায়োক্তা। তশেংবমক ওইখি মখোই ফত্তবা মীশিং ; মরমদুনা ঐখোইনা ঈরাকশিনহনবিখি মখোই পুম্নমকপু।

وَنَصَرْنٰهُ مِنَ الْقَوْمِ الَّذِيْنَ كَذَّبُوْا بِاٰيٰتِنَا ۗ اِنَّهُمْ كَانُوْا قَوْمَ سَوْءٍ فَاَغْرَقْنٰهُمْ اَجْمَعِيْنَ

৭৯। অদুগা (নীংশিঙবু) দাউদ অমসুং সুলৈমান—মখোইনা মাগী-মাগী রারেপ তাবিখি (লৌবুক্কী) মহৈ মরোংগী (রাথোক্কী) মরমদা, মী খরগী য়াওশিং (নাথোরক্তুনা) কোন্দেখি অহিংদা মফম অদুদা ; অমসুং (চাথোকখি মহৈ-মরোংশিংদু, মদুগী বিচার রা থিনবদা) ঐখোইনা

وَدَاوٗدَ وَسُلَيْمٰنَ اِذْ يَحْكُمٰنِ فِى الْحَرْثِ اِذْ

نَفَشَتْ فِيهِ غَنَمُ الْقَوْمِ ۚ وَكُنَّا لِحُكْمِهِمْ شَاهِدِينَ ٧٨

ওইবিখি সাক্ষী মখোইনা (অচুম-অরান য়েংদুনা) ৱারেপ তাখিবদা।

فَفَهَّمْنَاهَا سُلَيْمَانَ ۚ وَكُلًّا آتَيْنَا حُكْمًا وَعِلْمًا ۚ وَسَخَّرْنَا مَعَ دَاوُودَ الْجِبَالَ يُسَبِّحْنَ وَالطَّيْرَ ۚ وَكُنَّا فَاعِلِينَ ٧٩

৮০। মরমদুনা ঐখোইনা খঙহনবিখি (নহা ওইরিবা) সুলৈমান্দা মনুং থিংজিন্না (ৱাখোক অদুগী মরমদা) ; অমসুং মখোই খুদিংদা ঐখোইনা পীখি মহৈ-মশিং অমসুং জ্ঞান। অদুগা ঐখোইনা মখা পোনহনবিখি চীংজাওশিং অমসুং চেকলা উচেকশিং (ঐখোইগী রায়েল-য়াথংগী, অদুনা) দাউদকা লোয়ননা শক-শোন্নবগী ঐখোইগী লাইশোল। অদুগা ঐখোইননি তৌখিবা (অসিগুম্বা থবকশিং)।

وَعَلَّمْنَاهُ صَنْعَةَ لَبُوسٍ لَكُمْ لِتُحْصِنَكُمْ مِنْ بَأْسِكُمْ ۖ فَهَلْ أَنْتُمْ شَاكِرُونَ ٨٠

৮১। অদুগা ঐখোইনা তম্বিখি মহাকপু য়োৎকী হক্কন ফুরিৎ (মখল অমা)শাবা (লান্দা শীজিন্ন-নবগী) নখোইগীদমক্তা, অদুনা কন্নবগী লান শোক্লবদা (য়েক্লবশিংগী খুৎলাইদগী)। নখোইবু উৎলরোইদ্রা তৌবিমল খঙবা (ঐখোইদা) ?

وَلِسُلَيْمَانَ الرِّيحَ عَاصِفَةً تَجْرِي بِأَمْرِهِ إِلَى الْأَرْضِ الَّتِي بَارَكْنَا فِيهَا ۚ وَكُنَّا بِكُلِّ شَيْءٍ عَالِمِينَ ٨١

৮২। অদুগা ঐখোইনা (মখা পোনহনবিখি) সুলৈমান্দা অকনবা নুংশিৎ, মদুনা শীৎখি, মহাকনা হায়বা ইন্দুনা, ঐখোইনা য়াইফহনবিখ্রবা লম অদুগী মায়কৈরোমদা। অদুগা ঐখোইদি ইখঙ-খঙবনি পোৎ পুম্নমক (গী নোংদমলিবসু করিনো হায়বা)।

وَمِنَ الشَّيَاطِينِ مَنْ يَغُوصُونَ لَهُ وَيَعْمَلُونَ عَمَلًا دُونَ ذَٰلِكَ ۖ وَكُنَّا لَهُمْ حَافِظِينَ ٨٢

৮৩। অদুগা (ঐখোইনা মখা পোনহনবিখি মহাক্কী হুকুমগী) শৈতান খরা মখোইনা ঈরুপখি মহাক্কীদমক (লাইজা ঈরেলপুং অচৌবদা মণি মুক্তা খুনবগী) অমসুং তৌখি অতৈ থবকশিং মদু নত্তনা ; অমসুং ঐখোইননি ঙাকপিখিবা মখোইবু।

وَأَيُّوبَ إِذْ نَادَىٰ رَبَّهُ أَنِّي مَسَّنِيَ الضُّرُّ وَأَنْتَ أَرْحَمُ الرَّاحِمِينَ ٨٣

৮৪। অদুগা (নীংশিঙু) ঐয়ুব মহাকনা কৌজখি মহাক্কী মপুবু (অসি হায়দুনা) ঃ "তশেংবমক ঐবু লাঙ্গোয় চনবিখ্রে অরা-অনংবনা অমসুং নহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না ঙাকপিহৈবনি ঙাকপিহৈবশিংগী।"

فَاسْتَجَبْنَا لَهُ فَكَشَفْنَا مَا بِهِ مِنْ ضُرٍّ ۖ وَآتَيْنَاهُ أَهْلَهُ

৮৫। মরমদুনা ঐখোইনা তাবিখি মহাক্কী প্রার্থনা

وَمِثْلَهُمْ مَّعَهُمْ رَحْمَةً مِّنْ عِنْدِنَا وَذِكْرٰى لِلْعٰبِدِيْنَ ﴿٨٤﴾

অমসুং লৌথোকপিখি অৱা-অনংবা মঙোন্দা তারম্বদু, অমসুং ঐখোইনা (অমুকহন্না) পীবিখি মহাকপু মহাক্কী মাঙখ্রবা মীশিং অমসুং মখোইগুম্বা (অনৌবা ঈমান্দারশিং) অতৈসু মখোইগা লোয়ননা, থৌজাল অমা ওইনা ঐখোইদগী অমসুং নীংশিঙহন্ন-বা ৱা অমা ওইনা (অল্লাহগী) ভক্তশিংগীদমক্তা।

وَاِسْمٰعِيْلَ وَاِدْرِيْسَ وَذَا الْكِفْلِ كُلٌّ مِّنَ الصّٰبِرِيْنَ ﴿٨٥﴾

৮৬। অদুগা (নীংশিঙঙু) ইসমাঈল, ইদরীস অমসুং জুল কিফল। মখোই পুম্নমক ওইখি অখাং কনবশিং।

وَاَدْخَلْنٰهُمْ فِيْ رَحْمَتِنَا اِنَّهُمْ مِّنَ الصّٰلِحِيْنَ ﴿٨٦﴾

৮৭। অদুগা ঐখোইনা চঙহনবিখি মখোইবু ঐখোইগী ঙাকপি-কনবিব (গী পনখৈনুং)দা। মখোই তশেংনমক ধর্ম্ম লৈবশিংনি।

وَذَا النُّوْنِ اِذْ ذَّهَبَ مُغَاضِبًا فَظَنَّ اَنْ لَّنْ نَّقْدِرَ عَلَيْهِ فَنَادٰى فِى الظُّلُمٰتِ اَنْ لَّاۤ اِلٰهَ اِلَّاۤ اَنْتَ سُبْحٰنَكَ اِنِّيْ كُنْتُ مِنَ الظّٰلِمِيْنَ ﴿٨٧﴾

৮৮। অদুগা (নীংশিঙঙু) জুল নুন (লেমলৈ ঙাগী মপু), মহাকনা চৎখিরম্মী (মহাক্কী মীশিং থাদোকলমদুনা) অশাউবা শরুক্লদুনা (মখোইনা ইল্লকখিদ্রবদা মহাক্কী ময়াথং), অমসুং মহাকনা খনখি ঐখোইনা কদৌনুংদসু থোকহন্নবিরোই মহাকপু অৱাবা; মরমদুনা মহাকনা কৌজখি অল্লাহবু মহাক্কী অৱা-অনংবশিংগী মরক্তা (অসি হায়দুনা) ঃ "চীঙু লাই কনাসু লৈতে নহাক নত্তনা, অশেংবনি নহাক্তি! তশেংবমক ঐদি ওইজখ্রে (অমা) অরানবা লম্বীনখ্রবশিংগী।"

فَاسْتَجَبْنَا لَهٗ وَنَجَّيْنٰهُ مِنَ الْغَمِّ وَكَذٰلِكَ نُـْجِى الْمُؤْمِنِيْنَ ﴿٨٨﴾

৮৯। মরমদুনা ঐখোইনা তাবিখি মহাক্কী প্রার্থনা অমসুং কনবিখি মহাকপু অৱাবদগী। অসুম্না ঐখোইনা কনবি অচুম্বা থাজবশিংবু।

وَزَكَرِيَّاۤ اِذْ نَادٰى رَبَّهٗ رَبِّ لَا تَذَرْنِيْ فَرْدًا وَّاَنْتَ خَيْرُ الْوٰرِثِيْنَ ﴿٨٩﴾

৯০। অদুগা (নীংশিঙঙু) জকরিয়য়া— মহাকনা কৌজখি মহাক্কী মপুবু (অসি হায়দুনা) ঃ "ঐগী মপুও! থাদোকপিগনু ঐ(ত)বু ইচা লৈতবা অমা ওইনা, অমসুং নহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না ফবা ৱারিসনি।"

৯১। মরমদুনা ঐখোইনা তাবিখি মহাক্কী প্রার্থনা অমসুং পীবিখি মহাকপু (মচানিপা) য়হয়া (কৌবা অমা) অমসুং মতিক চাহনবিখি মহাক্কী মলিকহবু মহাক্কীদমক (মতম কুইনা খুংদুনা লৈরম্বদগী)। তশেংবমক মখোই তান্নখি অমনা অমগী মথক থোংবা ঙম্নবা (অফবা লম্বীনবদা) অমসুং মখোইনা কৌজখি ঐখোইবু আশা তৌদুনা অমসুং কিবগা লোয়ননা, অমসুং মখোইনা (খাজং থোইনা হৈরবগা) মোনজখি ঐখোইদা।

فَاسْتَجَبْنَا لَهٗ وَوَهَبْنَا لَهٗ يَحْيٰى وَاَصْلَحْنَا لَهٗ زَوْجَهٗ ؕ اِنَّهُمْ كَانُوْا يُسٰرِعُوْنَ فِى الْخَيْرٰتِ وَيَدْعُوْنَنَا رَغَبًا وَّرَهَبًا ؕ وَكَانُوْا لَنَا خٰشِعِيْنَ ﴿٩١﴾

৯২। অদুগা (নীংশিঙঙু, ঋষিগা পাংখক্লবী মরয়ম) মহাকপু — মহাকনা ঙাকচখি মহাক্কী স্বধর্ম্ম; মরমদুনা ঐখোইনা কামশনবিখি মঙোল্দা ঐখোইগী রূহে অমসুং ঐখোইনা শেম্বিখি মহাকপু অমসুং মহাক্কী মচানিপাবু খুদম অমা ওইনা মীশিংগীদমক্তা।

وَالَّتِيْٓ اَحْصَنَتْ فَرْجَهَا فَنَفَخْنَا فِيْهَا مِنْ رُّوْحِنَا وَجَعَلْنٰهَا وَابْنَهَآ اٰيَةً لِّلْعٰلَمِيْنَ ﴿٩٢﴾

৯৩। তশেংবমক, (মীওইবা) নখোইগী জাতিসে জাতি অমতনি; অমসুং ঐনা নখোইগী (অশুপ্পা) মপুনি, মরমদুনা (নখোই পুম্নমক) বন্দগী তৌ ঐবু।

اِنَّ هٰذِهٖٓ اُمَّتُكُمْ اُمَّةً وَّاحِدَةً ۖ وَّاَنَا رَبُّكُمْ فَاعْبُدُوْنِ ﴿٩٣﴾

৯৪। তৌইগুম্বসুং (য়হুদীশিং অমসুং খৃষ্টিয়ান-শিং) মখোই কাঙলুপ খায়দোক্লখি মখোইগী (ধর্ম্মগী) রাফমদা মখোইগী মরক্তা; অমসুং মখোই পুম্নমক হল্লক্কনি ঐখোইদা ।

وَتَقَطَّعُوْٓا اَمْرَهُمْ بَيْنَهُمْ ؕ كُلٌّ اِلَيْنَا رٰجِعُوْنَ ﴿٩٤﴾ ع

৭ শুবা রুকূ

৯৫। কনাগুম্বনা তৌরবদি অফবা থবকশিং অমসুং মহাক ওইরবদি অচুম্বা থাজবা মহাক্কী তৌজ মতিকমল য়াবিদবা (কদৌনুংদসু) তৌবিরোই অমসুং ঐখোইনা শোয়দনমক ইদুনা থমজনবিগনি মদু।

فَمَنْ يَّعْمَلْ مِنَ الصّٰلِحٰتِ وَهُوَ مُؤْمِنٌ فَلَا كُفْرَانَ لِسَعْيِهٖ ۚ وَاِنَّا لَهٗ كٰتِبُوْنَ ﴿٩٥﴾

৯৬। অদুগা থুগায়বা য়াদবা অথিংবা অমা থম্বিখ্রে শহর খুদিংদা মদু (দা লৈবা মীশিং) ঐখোইনা (অমুক্তং) মাঙহনবিখ্রবদা মখোই অমুক

وَحَرٰمٌ عَلٰى قَرْيَةٍ اَهْلَكْنٰهَآ اَنَّهُمْ لَا يَرْجِعُوْنَ ﴿٩٦﴾

হল্লকপা য়াদ্রে (তাইবঙ পুন্সিদা)।

৯৭। (নিয়মসি অসুম্নক লৈগনি) য়াজুজ অমসুং মাজুজ থাদোরক্তরিবা ফাওবা অমসুং মখোই তফিং-তফিং চেংথোরক্কনি অৱাংবা মফম খুদিংদগী (অমসুং ঈথক ঈতোন খুদিংদগী)

حَتّٰٓى إِذَا فُتِحَتْ يَأْجُوجُ وَمَأْجُوجُ وَهُمْ مِّنْ كُلِّ حَدَبٍ يَّنْسِلُوْنَ ﴿٩٧﴾

৯৮। অদুগা অচুম্বা ৱাশক (থুংহনবগী মতম) নকশিল্লকখ্রে; মরমদুনা য়েংউ! লমফে-খোঙফম্নবশিংগী মমিৎশিং (লাউনা পাং-থোক্তুনা) চপ যুংনা য়েংদুনা লৈগনি (অকিবা চন্দুনা অমসুং খংলাউ-লাউগনিঃ "আঃ অৱাবনিদা! ঐখোই তশেংবমক পুকনিং চঙলমদে (অচুম্বগী নুমিৎ) অসিদা; নত্তে, ঐখোই ওইরম্মী অরানবা লম্বীনবশিং!"

وَاقْتَرَبَ الْوَعْدُ الْحَقُّ فَإِذَا هِيَ شَاخِصَةٌ أَبْصَارُ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا ۗ يٰوَيْلَنَا قَدْ كُنَّا فِيْ غَفْلَةٍ مِّنْ هٰذَا بَلْ كُنَّا ظٰلِمِيْنَ ﴿٩٨﴾

৯৯। (অসি হায়বিগনি মখোইদাঃ) "তশেংবমক নখোই অমসুং নখোইনা ঈৱাৎ পুজা তৌরিবশিং অল্লাহ নত্তবদু শীংবি মৈহুমনি নরক্কী। মদুদা নখোই পুম্নমক লাক্কনি।"

إِنَّكُمْ وَمَا تَعْبُدُوْنَ مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ حَصَبُ جَهَنَّمَ ۗ أَنْتُمْ لَهَا وٰرِدُوْنَ ﴿٩٩﴾

১০০। (লাইগী মূর্তিশিং) মখোইসি ওইরমলবদি (লাৎপদা মতিক চাবা) লাইশিং, মখোই লাকলম-লোই মফম অদুদা; তৌইগুম্বসুং মখোই পুম্নমক লৈগনি (কুইনা) মদুগী মনুংদা।

لَوْ كَانَ هٰٓؤُلَآءِ اٰلِهَةً مَّا وَرَدُوْهَا ۗ وَكُلٌّ فِيْهَا خٰلِدُوْنَ ﴿١٠٠﴾

১০১। মদুগী মনুংদা মখোই লৈগনি নাহেদুনা (অমসুং সোর পাবোৎ লোন্দুনা) অমসুং মখোই করিসু তাবা ফংলোই মনুং অদুদা।

لَهُمْ فِيْهَا زَفِيْرٌ وَّهُمْ فِيْهَا لَا يَسْمَعُوْنَ ﴿١٠١﴾

১০২. তশেংবমক অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইগী-দমক্তা অফবা মনা-মথিন ঐখোইনা হান্না ৱাশক তৌবিখ্রবা, মখোইবুদি লাপ্পা থম্বিগনি মদুদগী,

إِنَّ الَّذِيْنَ سَبَقَتْ لَهُمْ مِّنَّا الْحُسْنٰٓى ۙ أُولٰٓئِكَ عَنْهَا مُبْعَدُوْنَ ﴿١٠٢﴾

১০৩। মখোইনা তারোই মখোল খজিক্তং ফাওবা (মৈচাক মৈনিন নক্তগা মীকপ মীরাওবগী) মফম অদুগী; অমসুং মখোই লৈগনি মখোইগী থৱাইনা অপাম-অপাম্বা মফমদা।

لَا يَسْمَعُوْنَ حَسِيْسَهَا ۚ وَهُمْ فِيْ مَا اشْتَهَتْ أَنْفُسُهُمْ خٰلِدُوْنَ ﴿١٠٣﴾

১০৪। (অৱাফমগী) অচৌবা অকিবা অদুনা ৱাহল্লোই মখোইবু অমসুং স্বর্গ দূতশিংনা

لَا يَحْزُنُهُمُ الْفَزَعُ الْأَكْبَرُ وَتَتَلَقّٰىهُمُ الْمَلٰٓئِكَةُ

هٰذَا يَوْمُكُمُ الَّذِيْ كُنْتُمْ تُوْعَدُوْنَ ﴿١٠٣﴾

ওকপিগনি মখোইবু তরাম-তরাম্না (অসি হায়দুনা) ঃ "মসি নখোইগী (হরাওবা নুংঙাইবগী) নুমিৎনি মদু নখোইদা রাশকপিখ্রবনি।"

يَوْمَ نَطْوِي السَّمَآءَ كَطَيِّ السِّجِلِّ لِلْكُتُبِ ۚ كَمَا بَدَاْنَآ اَوَّلَ خَلْقٍ نُّعِيْدُهٗ ۚ وَعْدًا عَلَيْنَا ۚ اِنَّا كُنَّا فٰعِلِيْنَ ﴿١٠٤﴾

১০৫। (নীংশিঙঙু) কোরৌ নুমিৎ অদুদা ঐখোইনা কোনশনবিগনি আসমানবু লাইরিক ইবা মীনা কোনশনবগুম অইবা চে মকোনশিং। ঐখোইনা শেমখিবগুম (জীবশিংবু) অহানবদা, ঐখোইনা অমুকহন্না পুথোকপিগনি মদু। মসি রাশক অমনি (পুরা তৌগদবা) ঐখোইগী ইথক্তা ঐখোইনা শোয়দনমক পাংথোকপিগনি মদু।

وَلَقَدْ كَتَبْنَا فِي الزَّبُوْرِ مِنْۢ بَعْدِ الذِّكْرِ اَنَّ الْاَرْضَ يَرِثُهَا عِبَادِيَ الصّٰلِحُوْنَ ﴿١٠٥﴾

১০৬। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা (হান্ননা) ইবিখ্রে (মসি) জবুরদা, নীংশিঙহন্নবগী (কিতাব মুসাদা পীখিবা) অদুগী মতুংদা, মদুদি ঐগী ধর্ম্ম লৈবা ইনাইশিংনা (নুমিৎ অমদা রারিস ওইগনি (অশেংবা) লম অদুগী।

اِنَّ فِيْ هٰذَا لَبَلٰغًا لِّقَوْمٍ عٰبِدِيْنَ ﴿١٠٦﴾

১০৭। অদুগা তশেংবমক (কুরআন) অসিদা লৈরে (পাপ অমসুং দণ্ডিদগী কনবিনবগী) পাওজেন (অল্লাহবু) বন্দগী তৌবা মীশিংগীদমক।

وَمَآ اَرْسَلْنٰكَ اِلَّا رَحْمَةً لِّلْعٰلَمِيْنَ ﴿١٠٧﴾

১০৮। অদুগা ঐখোইনা থাখিদে নংবু নত্তনা ঙাকপিহৈবা অমা ওইনা মীওইবা জাতি পুম্নমক্কীদমক।

قُلْ اِنَّمَا يُوْحٰٓى اِلَيَّ اَنَّمَآ اِلٰهُكُمْ اِلٰهٌ وَّاحِدٌ ۚ فَهَلْ اَنْتُمْ مُّسْلِمُوْنَ ﴿١٠٨﴾

১০৯। হায়য়ু (মীওইবশিংদা) ঃ "তশেংবমক ঐঙোন্দা ফোংদোকপিখ্রে মদুদি নখোই (পুম্নমক)- গী চীঙু লাইদি খুদা অমতনি (অনি শুদে)। নখোইবু ওইরোইদৌরিব্রা মুসলিমশিং ?

فَاِنْ تَوَلَّوْا فَقُلْ اٰذَنْتُكُمْ عَلٰى سَوَآءٍ ۚ وَاِنْ اَدْرِيْٓ اَقَرِيْبٌ اَمْ بَعِيْدٌ مَّا تُوْعَدُوْنَ ﴿١٠٩﴾

১১০। তৌইগুম্বসুং মখোইনা ভুং হন্দোক্লবদি, হায়য়ু (মখোইদা) ঃ ঐনা চেকশিন্নবা হায়বিখ্রে নখোই পুম্নমক্তা চপ মান্ননা অমসুং ঐনা খঙদে নখোইদা রাশকপিখিবদু নকপ্রা নত্তগা লাপ্পরা।

اِنَّهٗ يَعْلَمُ الْجَهْرَ مِنَ الْقَوْلِ وَيَعْلَمُ مَا تَكْتُمُوْنَ ﴿١١٠﴾

১১১। তশেংবমক মহাকনা খঙই ফোংনা হায়দোকপসু অমসুং মহাকনা খঙই নখোইনা লোৎশনবসু।

وَإِنْ أَدْرِي لَعَلَّهُ فِتْنَةٌ لَّكُمْ وَمَتَاعٌ إِلَىٰ حِينٍ ﴿١١١﴾

১১১। অদুগা ঐনা খঙদে মসি ওইবসু য়াই নখোইগী চাংয়েং অমসুং নুংঙাইবা মতম খরদংগী।

قُلَ رَبِّ احْكُم بِالْحَقِّ ۗ وَرَبُّنَا الرَّحْمَٰنُ الْمُسْتَعَانُ عَلَىٰ مَا تَصِفُونَ ﴿١١٢﴾

১১২। (নবীনা) হায়বিখিঃ "ঐগী মপুও! নহাকনা তৌবিয়ু অচুম্বা রায়েল বিচার। অদুগা ঐখোইগী মপুদি থৌজালবিহৈবা অল্লাহনি। মহাক্কী মতেং নীজে মায়োক্তা নখোইনা হায়জনবদুগী (মহাকপু)।"



অল-হজ্জ সূরহ ২২

(হিজরী মতুংদা থাখি, মসিদা আয়াত মশিং ৭৯ নি)

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ﴿١﴾

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

يَا أَيُّهَا النَّاسُ اتَّقُوا رَبَّكُمْ ۚ إِنَّ زَلْزَلَةَ السَّاعَةِ شَيْءٌ عَظِيمٌ ﴿٢﴾

২। হে মীওইবশিং! কিয়ু নখোইগী মপুবু; তশেংবমক, পুংজা অদুদা য়ুহারাগদৌরিবদু অকিবগী মশক ওইবা পোৎনি—

يَوْمَ تَرَوْنَهَا تَذْهَلُ كُلُّ مُرْضِعَةٍ عَمَّا أَرْضَعَتْ وَتَضَعُ كُلُّ ذَاتِ حَمْلٍ حَمْلَهَا وَتَرَى النَّاسَ سُكَارَىٰ وَمَا هُم بِسُكَارَىٰ وَلَٰكِنَّ عَذَابَ اللَّهِ شَدِيدٌ ﴿٣﴾

৩। নুমিৎ অদুদা নখোইনা উবদা মদু (উগনি অসুম্না:), খোম পিথকলিবী নুপী খুদিংনা কাওথোক্কনি খোম থকলিবা মচাবু অমসুং গর্ভ পুরিবী নুপী খুদিং গর্ভপাত ওইগনি; অমসুং নংনা উগনি মীশিং (ফৈরেং-তুরেং চৎপা) য়ুঙাওবগুম্না মখোই য়'থকপদি থক্তরগা, তৌইগুম্বসুং অল্লাহগী রায়েল-চৈরাক শাথীগনি (মখোইগী মথক্তা)।

وَمِنَ النَّاسِ مَن يُجَادِلُ فِي اللَّهِ بِغَيْرِ عِلْمٍ وَيَتَّبِعُ كُلَّ شَيْطَانٍ مَّرِيدٍ ﴿٤﴾

৪। অদুগা মীশিংগী মরক্তা অসিগুম্বা মীওই খরা লৈ মখোইনা চীন্দাগ্নে অল্লাহগী মরমদা জ্ঞান করিসু লৈতনা অমসুং তুংইল্লি লানহৌবা শৈতান খুদিংগী,

৫। মহাক্কী মরমদা য়াথং অসি তাবিখ্রে মদুদি কনাগুম্বনা মরূপনরবদি মহাক্কা, মহাকপু লম্মুক্লহনবিগনি অমসুং চিংবিগনি ড্রুং-ড্রুং চাকপা মৈগী চৈরাকদা।

كُتِبَ عَلَيْهِ أَنَّهُ مَن تَوَلَّاهُ فَأَنَّهُ يُضِلُّهُ وَيَهْدِيهِ إِلَىٰ عَذَابِ السَّعِيرِ ۝

৬। হে মীওইবশিং! করিগুম্বা নখোইনা চিংনরবদি শিবদগী অমুক হিংগৎহনবগী রাফম অসিদা, (রাখল মুন্না খল্লু) ঐখোইনা শেম-শাবিখি নখোইবু উফুলদগী, অদুগী তুংদা (অঙাং শানবা নিপাগী) মহীক অমদগী (নুপীগী রজগা তিন্নদুনা) অদুগী তুংদা নংশল্লবা ঈ মতুম অমদগী, অদুগী তুংদা শা মতুম অমদগী— মওং-মতৌ খরদং শেমলবা নত্তগা শেমদরিবা, অদুনা ঐখোইনা তশেংনা খঙহন্নবা (ঐখোইগী শক্তি) নখোইদা। অদুগা ঐখোইনা পাম্বা মতুংইন্না নাও পুহল্লি অরেপ্পা মতম অমা, অদুগী তুংদা ঐখোইনা পোকহল্লি নখোইবু অঙাং মচা পিশক ওইনা, অদুগী তুংদা (ঐখোইনা অসুম চাং নাইনা চাওহল্লি) অদুনা নখোই চাওবা য়াঙ্গোন ফানবা। অদুগা নখোইগী মরক্তা খরবু (মতম চাদনা) শিবসু থোকহল্লি অমসুং অতোপ্পা খরবুনা লৈহল্লি চহি য়াম্না বুদ্ধি চোয়রবা ফাওবা অদুনা মখোই করিসু খঙলক্তে জ্ঞান লৈরমখ্রবা মতুংদা। অসিদগীসু হেন্না নংনা উই পৃথিবীনা মহৈ-মরোং থোরক্তবা, মতমদুদা ঐখোইনা নোং-ঈশিং তাহল্লবদা, মদু লেঙলি-লেঙলি তৌরকই অমসুং ইকাম-কামখৎলি, অমসুং হৌরকই মনা-মশিং মখল কয়া গে-গে লাউনা।

يَا أَيُّهَا النَّاسُ إِن كُنتُمْ فِي رَيْبٍ مِّنَ الْبَعْثِ فَإِنَّا خَلَقْنَاكُم مِّن تُرَابٍ ثُمَّ مِن نُّطْفَةٍ ثُمَّ مِنْ عَلَقَةٍ ثُمَّ مِن مُّضْغَةٍ مُّخَلَّقَةٍ وَغَيْرِ مُخَلَّقَةٍ لِّنُبَيِّنَ لَكُمْ ۚ وَنُقِرُّ فِي الْأَرْحَامِ مَا نَشَاءُ إِلَىٰ أَجَلٍ مُّسَمًّى ثُمَّ نُخْرِجُكُمْ طِفْلًا ثُمَّ لِتَبْلُغُوا أَشُدَّكُمْ ۖ وَمِنكُم مَّن يُتَوَفَّىٰ وَمِنكُم مَّن يُرَدُّ إِلَىٰ أَرْذَلِ الْعُمُرِ لِكَيْلَا يَعْلَمَ مِن بَعْدِ عِلْمٍ شَيْئًا ۚ وَتَرَى الْأَرْضَ هَامِدَةً فَإِذَا أَنزَلْنَا عَلَيْهَا الْمَاءَ اهْتَزَّتْ وَرَبَتْ وَأَنبَتَتْ مِن كُلِّ زَوْجٍ بَهِيجٍ ۝

৭। মসিগী মরমদি (তৌরিবা পুম্নমকসি) অল্লাহনি— মহাক্তি অচুম্বনি, অমসুং মহাকনা হিংগৎহল্লি অশিববু, অমসুং মহাক্তি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা:

ذَٰلِكَ بِأَنَّ اللَّهَ هُوَ الْحَقُّ وَأَنَّهُ يُحْيِي الْمَوْتَىٰ وَأَنَّهُ عَلَىٰ كُلِّ شَيْءٍ قَدِيرٌ ۝

৮। অমসুং (অচুম-অরান রা লেপ্পগী) পুংফমদু শোয়দনমক লাক্কনি, মদু করিসু চিংনিঙঙাই

وَأَنَّ السَّاعَةَ آتِيَةٌ لَّا رَيْبَ فِيهَا وَأَنَّ اللَّهَ

يَبْعَثُ مَنْ فِي الْقُبُوْرِ ﴿٨﴾

লৈতে; অমসুং অল্লাহনা হিংগৎহনবিগনি কবরদা লৈবশিংদো।

وَمِنَ النَّاسِ مَنْ يُّجَادِلُ فِي اللّٰهِ بِغَيْرِ عِلْمٍ وَّلَا هُدًى وَّلَا كِتٰبٍ مُّنِيْرٍ ﴿٩﴾

৯। অদুগা মীশিংগী মরক্তা অসিগুম্বা মীওই লৈ মহাকনা চীন্দাম্লে অল্লাহগী মরমদা জ্ঞান করিসু য়াওদনা, অমসুং লমজিংসু য়াওদনা অমসুং মঙাল পীবা কিতাবসু য়াওদনা;

ثَانِيَ عِطْفِهٖ لِيُضِلَّ عَنْ سَبِيْلِ اللّٰهِ ۭ لَهٗ فِي الدُّنْيَا خِزْيٌ وَّنُذِيْقُهٗ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ عَذَابَ الْحَرِيْقِ ﴿١٠﴾

১০। মতুং ওনশল্লি (নাপল-মিত্তাংনদুনা) অদুন মহাকনা লম লান্না চিংনবা (মীশিংবু) অল্লাহগী লম্বীদগী। মহাক ঈকাইবা শরুক্লগনি হন্দক্কী মপোক অসিদা অমসুং শিবদগী অমুক হিংগৎ-হনবিগদবা নুমিত্তা ঐখোইনা মহাউ তংহনবিগনি মহাকপু ড্রুং-ড্রুং চাকপা মৈগী চৈরাক।

ذٰلِكَ بِمَا قَدَّمَتْ يَدٰكَ وَاَنَّ اللّٰهَ لَيْسَ بِظَلَّامٍ لِّلْعَبِيْدِ ﴿١١﴾

১১। (মতমদুদা অসি হায়বিগনি মহাকপু ঃ) মসি নংগী (পাপ চেনবা থবকশিং) নখুৎ অনিনা নমাংদা থাজখিবা অদুগীনি, অমসুং অল্লাহনা তৌবিদে চুমদবা খজিক্তং ফাওবা (মহাক্কী) মনাইশিংদা।

২ শুবা রুকূ

وَمِنَ النَّاسِ مَنْ يَّعْبُدُ اللّٰهَ عَلٰى حَرْفٍ ۚ فَاِنْ اَصَابَهٗ خَيْرُ ِۨاطْمَاَنَّ بِهٖ ۚ وَاِنْ اَصَابَتْهُ فِتْنَةُ ِۨانْقَلَبَ عَلٰى وَجْهِهٖ ۚ خَسِرَ الدُّنْيَا وَالْاٰخِرَةَ ۭ ذٰلِكَ هُوَ الْخُسْرَانُ الْمُبِيْنُ ﴿١٢﴾

১২। অদুগা মীশিংগী মরক্তা অসিগুম্বা মীওই লৈ মহাকনা তৌই বন্দগী অল্লাহগী (পুকচেলদি করিসু লেপ্তনা) মতাইদা (লেপ্তুনা অচুম্বা ধর্ম্মগী); অদুনা করিগুম্বা অফবা থোকলবদি মঙোন্দা, মহাক্কী অপেনবা ওই মদুদা; তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা চাংয়েং অমা থোকলবদি মঙোন্দা, মহাক হেক মহনখি মহাক্কী (প্রম-প্রাগী) লম্বীদা। মহাক ওইজে অমাঙবা হন্দক্কী মপোক্তা অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদ(সু)। মদু তশেং-তশেংবা অমাঙবনি।

يَدْعُوْا مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ مَا لَا يَضُرُّهٗ وَمَا لَا يَنْفَعُهٗ ۭ ذٰلِكَ هُوَ الضَّلٰلُ الْبَعِيْدُ ﴿١٣﴾

১৩। মহাকনা কৌজে অল্লাহ নত্তবা (অতৈ অতোপ্পা লাই)বু মদুনা ঙমদে মাঙহন-তাহনবা মহাকপু নত্রগা কান্নবা পীবা মহাকপু। মদু লাপ্না হাইদোকত্রবনি (অচুম্বা লম্বীদগী)।

يَدْعُوْا لَمَنْ ضَرُّهٗٓ اَقْرَبُ مِنْ نَّفْعِهٖ ۭ لَبِئْسَ

১৪। (মশাবু থাক হন্থহনজদুনা) মহাকনা কৌজে

الْمَوْلٰى وَ لَبِئْسَ الْعَشِيْرُ ﴿١٣﴾

(অরানবা লাই) মহাকপু মহাক্কী অমাঙবনা (থোইনদুম) হেন্না নকশল্লি মহাক্কী (করিগুম্বা অফবদগী। তশেংবমক ফত্তবা য়োকখৎপিবনি অমসুং তশেংবমক ফত্তবা মরূপনি।

اِنَّ اللّٰهَ يُدْخِلُ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ جَنّٰتٍ تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ ؕ اِنَّ اللّٰهَ يَفْعَلُ مَا يُرِيْدُ ﴿١٤﴾

১৫। থাঙ্গৈশেংবমক, অল্লাহনা চঙহনবিগনি অদুগুম্বা মীওইশিং অচুম্বা থাজরবা অমসুং অফবা থবকশিং খোঙফম্মবদু স্বর্গ লৈকোনশিংদা মদুগী মখাদা তুরেলশিং ঈচেল্লি। তশেংবমক, অল্লাহনা তৌই মহাকনা অপাম্বতা।

مَنْ كَانَ يَظُنُّ اَنْ لَّنْ يَّنْصُرَهُ اللّٰهُ فِي الدُّنْيَا وَ الْاٰخِرَةِ فَلْيَمْدُدْ بِسَبَبٍ اِلَى السَّمَآءِ ثُمَّ لْيَقْطَعْ فَلْيَنْظُرْ هَلْ يُذْهِبَنَّ كَيْدُهٗ مَا يَغِيْظُ ﴿١٥﴾

১৬। কনাগুম্বনা রাখল তৌরবদি অল্লাহনা তেংবাংবিরোই মহাকপু হন্দক্কী মপোক্তা অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদ(সু) মহাক তিংথোকসনু (মহাকনা ঙমজরবদি) থৌরি অমা আসমান য়ৌবা, অমসুং মহাক ককথৎচশনু মদু। অদুগী তুংদা মহাক য়েংজসনু মহাক্কী থৌরাংনা ঙম্রা লৌথোকখিবা শাওহল্লীঙঙাই ওইরিবদু মহাকপু।

وَكَذٰلِكَ اَنْزَلْنٰهُ اٰيٰتٍۢ بَيِّنٰتٍ ۙ وَّاَنَّ اللّٰهَ يَهْدِيْ مَنْ يُّرِيْدُ ﴿١٦﴾

১৭। অদুগা অসুম্না ঐখোইনা থাবিখি (কুরআন) অসি তশেংবা পাওজেনশিং ওইনা (মী পুম্নমক্কী কান্ননবগী), অমসুং অল্লাহনা তশেংবমক লমজিংবি মহাকনা অপাম্বা (মতিকচাবশিং)বু।

اِنَّ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَالَّذِيْنَ هَادُوْا وَالصّٰبِـِٕيْنَ وَ النَّصٰرٰى وَالْمَجُوْسَ وَالَّذِيْنَ اَشْرَكُوْٓا ۖ اِنَّ اللّٰهَ يَفْصِلُ بَيْنَهُمْ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ ؕ اِنَّ اللّٰهَ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ شَهِيْدٌ ﴿١٧﴾

১৮। অচুম্বা থাজবশিং অমসুং য়াহুদীশিং অমসুং সাবিয়ানশিং অমসুং খৃষ্টিয়ানশিং অমসুং মজুসশিং অমসুং মূর্তি ঈরাৎপশিং—তশেংবমক, অল্লাহনা রায়েল বিচার তৌবিগনি মখোইগী মরক্তা শিবদগী অমুক হিংগৎহনবিগদবা নুমিত্তা। থাঙ্গৈশেংবমক, অল্লাহদি অশুপ্পা সাক্ষীনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

اَلَمْ تَرَ اَنَّ اللّٰهَ يَسْجُدُ لَهٗ مَنْ فِي السَّمٰوٰتِ وَمَنْ فِي الْاَرْضِ وَالشَّمْسُ وَالْقَمَرُ وَالنُّجُوْمُ وَالْجِبَالُ وَالشَّجَرُ وَالدَّوَآبُّ وَكَثِيْرٌ مِّنَ النَّاسِ ؕ وَكَثِيْرٌ

১৯। নং উদব্রা অল্লাহদা চঙজবাঙাকনি আসমানদা লৈবশিংনা অমসুং পৃথিবীদা লৈবশিংনা, অমসুং নুমিৎ, অমসুং থা, অমসুং থরানমিচাকশিং, অমসুং চীংশিং, অমসুং উপাম্বীশিং, অমসুং মখোঙ মরি পানবা শাশিং

حَقَّ عَلَيْهِ الْعَذَابُ ۗ وَمَن يُهِنِ اللَّهُ فَمَا لَهُ مِن مُّكْرِمٍ ۚ إِنَّ اللَّهَ يَفْعَلُ مَا يَشَاءُ ۩ ⑱

অমসুং (অচুম্বা লম্বীনবা) মী অয়াম্বনা? তৌইগুম্বসুং মী য়াম্না লৈ মখোই মতিক মপা চারবনি ফংবদা রায়েল-চৈরাক। অল্লাহনা চোপহনবিশ্রবা মী অমবু, কনানসু ওস্মরোই ইজ্জৎ কাহনবা মহাকপু। তশেংবমক অল্লাহনা তৌই মহাকনা অপাম্বতা।

সজদহ

هَٰذَانِ خَصْمَانِ اخْتَصَمُوا فِي رَبِّهِمْ ۖ فَالَّذِينَ كَفَرُوا قُطِّعَتْ لَهُمْ ثِيَابٌ مِّن نَّارٍ يُصَبُّ مِن فَوْقِ رُءُوسِهِمُ الْحَمِيمُ ⑲

২০। য়েক্লবা (কাণ্ডবু) অনিনি মখোইনা চীন্দান্নে মখোইগী মপুগী মরমদা। মরমদুনা অচুম্বা থাজদবশিং মখোইদুগী, কক্লুনা থম্বিরি মৈগী শেৎনবা ফিজেৎ মখোইগীদমক্তা; ক্রুং-ক্রুং শৌবা ঈশিং হৈথবিগনি মখোইগী মকোকশিংদা,

يُصْهَرُ بِهِ مَا فِي بُطُونِهِمْ وَالْجُلُودُ ⑳

২১। মদুনা শৌদোক্কনি মখোইগী চাকখাওশিং অমসুং (মখোইগী) উনশাশিং(সু)।

وَلَهُم مَّقَامِعُ مِنْ حَدِيدٍ ㉑

২২। অদুগা (অসিদা নত্তনা) য়োৎকী গদাশিং লৈ (মখোইবু ফুগায়দুনা লাক্কনবগী)।

كُلَّمَا أَرَادُوا أَن يَخْرُجُوا مِنْهَا مِنْ غَمٍّ أُعِيدُوا فِيهَا وَذُوقُوا عَذَابَ الْحَرِيقِ ㉒

২৩। মতম খুদিংগী মখোইনা থোরক্কদবগী হোৎনবদা মদুদগী অরাবগী মরম্না, মখোইবু হেক-হেক তানশিনবিগনি মদুগী মনুংদা অমসুং (অসি হায়বিগনি ঃ) "নখোই তংঙু মহাউ অচাকপা মৈগী চৈরাক।"

৩ শুবা রুকূ

إِنَّ اللَّهَ يُدْخِلُ الَّذِينَ آمَنُوا وَعَمِلُوا الصَّالِحَاتِ جَنَّاتٍ تَجْرِي مِن تَحْتِهَا الْأَنْهَارُ يُحَلَّوْنَ فِيهَا مِنْ أَسَاوِرَ مِن ذَهَبٍ وَلُؤْلُؤًا ۖ وَلِبَاسُهُمْ فِيهَا حَرِيرٌ ㉓

২৪। তশেংবমক অল্লাহনা চঙহনবিগনি অদুগুম্বা মীওইশিং অচুম্বা থাজরবা অমসুং অফবা থবকশিং খোঙফম্নববু স্বর্গ লৈকোনশিংদা মদুগী মখাদা তুরেলশিং ঈচেল্লি; — মখোইবু লৈতেংবিগনি খুজিশিং সনাগী অমসুং মুক্তাগী শিজনবিদুনা; অমসুং মনুং অদুদা মখোইগী শেৎ-ইন্নবা ফিজোন ওইগনি রেশমগী।

وَهُدُوا إِلَى الطَّيِّبِ مِنَ الْقَوْلِ وَهُدُوا إِلَىٰ صِرَاطِ الْحَمِيدِ ㉔

২৫। অদুগা মখোইবু লমজিংবিখ্রে (তাইবঙ পুন্সিদা) খ্বাইদগী হেন্না অশেংবা রাদা অমসুং মখোইবু লমজিংবিখ্রে থাগৎপদা মতিকচাবা (অল্লাহ)গী লম্বীদা।

إِنَّ الَّذِينَ كَفَرُوا وَيَصُدُّونَ عَن سَبِيلِ اللَّهِ وَالْمَسْجِدِ الْحَرَامِ الَّذِي جَعَلْنَاهُ لِلنَّاسِ سَوَاءً الْعَاكِفُ فِيهِ وَالْبَادِ وَمَن يُرِدْ فِيهِ بِإِلْحَادٍ بِظُلْمٍ نُّذِقْهُ مِنْ عَذَابٍ أَلِيمٍ ﴿٢٥﴾

২৬। তশেংবমক লমফৈ-খোঙফম্নবশিং অমসুং (মীশিংবু) থিংবা অল্লাহগী লম্বীদগী অমসুং অশেংবা মসজিদতগী, মদু ঐখোইনা শেম্বিখ্রে (লাইনীং লাইশোলফম ওইনা) মী পুম্নমক্কী,— মখোই লৈবা ওইসনু মফমদুদা নত্ত্রগা মপান্দগী লাকপা ওইরবসু (মদুদা চঙবগী হক) চপমান্নে। অদুগা কনাগুম্বনা হোৎনরবদি অরানবা তৌগে হায়না মদুগী মনুংদা, ঐখোইনা তংহনবিগনি মখোইবু মহাউ অৱাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক্কী।

৪ শুবা রুকূ

وَإِذْ بَوَّأْنَا لِإِبْرَاهِيمَ مَكَانَ الْبَيْتِ أَن لَّا تُشْرِكْ بِي شَيْئًا وَطَهِّرْ بَيْتِيَ لِلطَّائِفِينَ وَالْقَائِمِينَ وَالرُّكَّعِ السُّجُودِ ﴿٢٦﴾

২৭। অদুগা (নীংশিঙু মতমদু) ঐখোইনা পীখিবা মতমদা ইব্রাহীমদা (উহনবিদুনা অশেংবা) য়ুম অদুগী মফম (য়াথং অসি তাকপিখি ঃ) "তিনশিনগনু করিগুম্বা পোৎ অমতা (ঐগী খৌগল তৌবদা) ঐগী শরুক য়ামিন্নবা ওইনা অমসুং শেংনা থম্মু ঐগী য়ুম অসিগী (অকোয়বদা) কোয়না চৎপশিংগী অমসুং (মনুং অদুদা নমাজদা) লেপ্পশিংগী অমসুং মকোক নোনবশিংগী অমসুং সজদহ তৌবশিংগী।

وَأَذِّن فِي النَّاسِ بِالْحَجِّ يَأْتُوكَ رِجَالًا وَعَلَىٰ كُلِّ ضَامِرٍ يَأْتِينَ مِن كُلِّ فَجٍّ عَمِيقٍ ﴿٢٧﴾

২৮। "অদুগা লাউথোকউ মীওইবশিংদা হজ্জগী মরমদা। মখোই লাক্কনি নংগী ননাক্তা খোঙনা, অমসুং ময়াং কংবা উট খুদিংগী মথক্তা (তোংদুনা) অরাপ্পা লমদগী।

لِّيَشْهَدُوا مَنَافِعَ لَهُمْ وَيَذْكُرُوا اسْمَ اللَّهِ فِي أَيَّامٍ مَّعْلُومَاتٍ عَلَىٰ مَا رَزَقَهُم مِّن بَهِيمَةِ الْأَنْعَامِ فَكُلُوا مِنْهَا وَأَطْعِمُوا الْبَائِسَ الْفَقِيرَ ﴿٢٨﴾

২৯। "অদুনা মখোইনা উজনবা (মফমশিং) কান্নবগী (পীবিখ্রবা) মখোইগীদমক্তা অমসুং শোনজনবা অল্লাহগী কোলোয় মিংলেন (হজ্জ অমসুং কুরবানীগী) লেপখিবা নুমিৎশিংদা, মখোঙ মরি পানবা শজিক চাবা শাশিং (লেনবা মতমদা) মহাকনা পীখিবদু নখোইগীদমক। অদুগী তুংদা নখোই চাও (শদোং) অদু অমসুং পিজৌ রার-নংলবা, লৈত-লাইরবশিংবু।

৩০। "অদুগী তুংদা মখোই পাংথোকসনু মখোইগী দরকার ওইবা থবকশিং (শম কোকপগী অয়সুং) শেংদোকপগী, অমসুং পুরা তৌসনু মখোইগী রাশকশিং, অমসুং চৎসনু অকোয়বদা অরিবা য়ুমজাওগী।"

ثُمَّ لْيَقْضُوا تَفَثَهُمْ وَلْيُوفُوا نُذُورَهُمْ وَلْيَطَّوَّفُوا بِالْبَيْتِ الْعَتِيقِ ۝٢٩

৩১। মসিনি (হজ্জ তৌবা হায়রিবদু), অমসুং কনাগুম্বনা ঈকাইখুম্নরবদি অল্লাহগী অশেংবা পোৎশিংগী, মহাক্কীদি অফবনি মহাক্কী মপুগী মনাক্তা। অদুগা শজিক চাবা শাশিং (গী শদোং) চাবা হলাললনি নখোইদা, নত্তনা (হান্না) লাউথোকখিবশিংদু নখোইদা। মরমদুনা থাদোকও মূর্তি (ঈরাৎপ)গী অমোৎপা (শাজৎ) অমসুং থাদোকও মীনম্বা ভাঙ-শকপা,

ذَٰلِكَ وَمَن يُعَظِّمْ حُرُمَاتِ اللَّهِ فَهُوَ خَيْرٌ لَّهُ عِندَ رَبِّهِ ۗ وَأُحِلَّتْ لَكُمُ الْأَنْعَامُ إِلَّا مَا يُتْلَىٰ عَلَيْكُمْ ۖ فَاجْتَنِبُوا الرِّجْسَ مِنَ الْأَوْثَانِ وَاجْتَنِبُوا قَوْلَ الزُّورِ ۝٣٠

৩২। মতম-পুম্বদা (পুকনিং শেংনা) ওনশন্দুনা অল্লাহদা, পুখোক্তদুনা লোয়নবা কনামতা মহাক্কী। অদুগা কনাগুম্বনা পুথোকলবদি লোয়নবা কনাগুম্বা অমা অল্লাহদা, (মহাক্কী ফিবমদি) মহাক তারকপগুম্বনি কোরৌ নোংমদোলদগী অমসুং চেকলা উচেকশিংনা লাকখিবগুম্বনি মহাকপু নত্ত্রগা নুংশিৎনা হুমদোকখিবগুম্বনি মহাকপু (উদ-খঙদবা) অরাপ্পা মফমদা।

حُنَفَاءَ لِلَّهِ غَيْرَ مُشْرِكِينَ بِهِ ۚ وَمَن يُشْرِكْ بِاللَّهِ فَكَأَنَّمَا خَرَّ مِنَ السَّمَاءِ فَتَخْطَفُهُ الطَّيْرُ أَوْ تَهْوِي بِهِ الرِّيحُ فِي مَكَانٍ سَحِيقٍ ۝٣١

৩৩। অসিগুম্বনি (মূর্তি ঈরাৎপগী ফিবম)। অদুগা কনাগুম্বনা ঈকাইখুম্নরবদি অল্লাহগী সিম্বোলশিংবু, মদু তশেংবমক থোরকপনি পুণ্য চেনবা থম্মোইশিংদগী।

ذَٰلِكَ وَمَن يُعَظِّمْ شَعَائِرَ اللَّهِ فَإِنَّهَا مِن تَقْوَى الْقُلُوبِ ۝٣٢

৩৪। (কুরবানী কৎলিবা শাশিং) মখোইদা লৈকান্নবা নখোইগী অরেম্পা মতম অমগী, অদুগী তুংদা মখোইগী কুরবানীগী মফমদি অরিবা য়ুমজাওদনি।

لَكُمْ فِيهَا مَنَافِعُ إِلَىٰ أَجَلٍ مُّسَمًّى ثُمَّ مَحِلُّهَا إِلَى الْبَيْتِ الْعَتِيقِ ۝٣٣

৫ শুবা রুকূ

৩৫। অদুগা (পৃথিবীগী) জাতি খুদিংদা ঐখোইনা তাকপিখি কুরবানীগী চৎনবী, অদুনা মখোইনা

وَلِكُلِّ أُمَّةٍ جَعَلْنَا مَنسَكًا لِّيَذْكُرُوا اسْمَ اللَّهِ

শোনজনবা অল্লাহগী কোলোয় মিংলেন (জবহ তৌবা মতমদা) মখোঙ মরি পানবা শক্তিক চাবা শাশিংদগী মহাকনা পীখিবদু মখোইগীদমক্তা নখোইগী চীঙু লাই খুদা অমতনি, মরমদুনা নখোই চঙজৌ মঙোন্দা। অদুগা থুংঙু হরাওবা পাওজেন নোল্লুকপশিংদা,

عَلٰى مَا رَزَقَهُمْ مِّنْ بَهِيْمَةِ الْاَنْعَامِ فَاِلٰهُكُمْ اِلٰهٌ وَّاحِدٌ فَلَهٗٓ اَسْلِمُوْا وَبَشِّرِ الْمُخْبِتِيْنَ ﴿۳۴﴾

৩৬। মখোইগী মথম্মোইশিং য়াম্না কি-হঙ্গোইজে অল্লাহ পল্লকপদা, অমসুং মখোই অখাংকল্লি অরাবদা তারবদা, অমসুং মখোই চাং নাইনা তৌই নমাজ অমসুং খরচ তৌই (দান পীবদা) ঐখোইনা পীখিবা অদুদগী মখোইদা।

الَّذِيْنَ اِذَا ذُكِرَ اللّٰهُ وَجِلَتْ قُلُوْبُهُمْ وَالصّٰبِرِيْنَ عَلٰى مَآ اَصَابَهُمْ وَالْمُقِيْمِي الصَّلٰوةِ وَمِمَّا رَزَقْنٰهُمْ يُنْفِقُوْنَ ﴿۳۵﴾

৩৭। অদুগা উটশিং (হজ্জ যাত্রিকশিংনা মক্কহ্দা পুরকলিবা) অদু ঐখোইনা ওইহনবিখ্রে (নমুনহ অমা) নখোইগীদমক্তা অল্লাহগী সিম্বোলশিংগী মরক্তা—মখোইদা লৈ অফবা (য়াম্না) নখোইগী-দমক। মরমদুনা শোল্লু অল্লাহগী কোলোয় মিংলেন মখোইবু (কুরবানী তৌনবগী) পরেং নাইনা লেপহল্লবা মতমদা। (জবহ তৌরবা) মতুংদুদা মখোইনা (মথরাই চৎখিদুনা) চেপ্পা তুথরবা মতমদা নখোই চাও মখোইবু অমসুং পিজৌ হং-থিদবা লৈত-লাইরবশিংবু অমসুং অনীবশিংবুসু। অসুম্না ঐখোইনা মখা পোনহল্লি মখোইবু নখোইগী, অদুনা নখোইনা উৎচনবা তৌবিমল খঙবা।

وَالْبُدْنَ جَعَلْنٰهَا لَكُمْ مِّنْ شَعَآئِرِ اللّٰهِ لَكُمْ فِيْهَا خَيْرٌ فَاذْكُرُوا اسْمَ اللّٰهِ عَلَيْهَا صَوَآفَّ فَاِذَا وَجَبَتْ جُنُوْبُهَا فَكُلُوْا مِنْهَا وَاَطْعِمُوا الْقَانِعَ وَالْمُعْتَرَّ كَذٰلِكَ سَخَّرْنٰهَا لَكُمْ لَعَلَّكُمْ تَشْكُرُوْنَ ﴿۳۶﴾

৩৮। কদৌনুংদসু য়ৌদে অল্লাহদা মখোইগী শদোং নত্তগা ঈ, তৌইগুম্বসুং নখোইগী ভক্তি অদুনি য়ৌগদবদি মঙোন্দা। অসুম্না মহাকনা মখা পোনহল্লি মখোইবু নখোইগী অদুনা নখোইনা থাগৎচনবা অল্লাহবু, মহাকনা লমজিংবিবগী নখোইবু। অদুগা থুংঙু হরাওবা পাওজেন অফবা খানবশিংদা।

لَنْ يَّنَالَ اللّٰهَ لُحُوْمُهَا وَلَا دِمَآؤُهَا وَلٰكِنْ يَّنَالُهُ التَّقْوٰى مِنْكُمْ كَذٰلِكَ سَخَّرَهَا لَكُمْ لِتُكَبِّرُوا اللّٰهَ عَلٰى مَا هَدٰىكُمْ وَبَشِّرِ الْمُحْسِنِيْنَ ﴿۳۷﴾

৩৯। তশেংবমক অল্লাহনা ঙাকপিগনি অচুম্বা থাজবশিংবু। তশেংবমক, অল্লাহনা নুংশিবিদে

اِنَّ اللّٰهَ يُدٰفِعُ عَنِ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا اِنَّ اللّٰهَ لَا يُحِبُّ

থাজনঙাই ওইদ্রবা, তৌবিমল খঙদবা কনাগুম্ববু।

كُلَّ خَوَّانٍ كَفُورٍ ﴿٣٨﴾

৬ শুবা রুকূ

৪০। (লান থেংননবগী) য়াথং পীবিরি মখোইদুদা-মখোইগী মথক্তা লান হৌখ্রবদা, মরমদি মখোইবু (লাকশিন্নবগী) জুলম (হান্না) তৌবিখ্রে ;— অমসুং অল্লাহদি তশেংবমক শক্তি লৈবনি তেংবাংবদা মখোইবু,

أُذِنَ لِلَّذِينَ يُقَاتَلُونَ بِأَنَّهُمْ ظُلِمُوا ۚ وَإِنَّ اللَّهَ عَلَىٰ نَصْرِهِمْ لَقَدِيرٌ ﴿٣٩﴾

৪১। মখোইদু তাথোকপিখ্রবনি মখোইগী ময়ুম-মকৈশিংদগী ইচুম-চুমদনা মরমদি মখোইনা হায়খি ঃ "ঐখোইগী মপুদি অল্লাহনি।" অদুগা অল্লাহনা করিগুম্বা তাথোকপিরমদ্রবদি মী খরবু অতোপ্পা খরগী মতেংনা, তশেংবমক চিংথুরমগনি (খৃষ্টিয়ানশিংগী) লম্বোইশংশিং অমসুং গির্জাশিং অমসুং (য়হুদীশিংগী) লাইনীংফমশিং অমসুং মসজিদশিং মদুদা অল্লাহগী কোলোয় মিংলেন তোয়না শক-শোল্লিবদু। অদুগা অল্লাহনা শোয়দনমক তেংবাংবিগনি মহাক্কী (মরমদা) তেংবাংবা কনাগুম্বা অমবু। থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহদি শক্তিশালীনি, পাঙ্গলবনি।

الَّذِينَ أُخْرِجُوا مِن دِيَارِهِم بِغَيْرِ حَقٍّ إِلَّا أَن يَقُولُوا رَبُّنَا اللَّهُ ۗ وَلَوْلَا دَفْعُ اللَّهِ النَّاسَ بَعْضَهُم بِبَعْضٍ لَّهُدِّمَتْ صَوَامِعُ وَبِيَعٌ وَصَلَوَاتٌ وَمَسَاجِدُ يُذْكَرُ فِيهَا اسْمُ اللَّهِ كَثِيرًا ۗ وَلَيَنصُرَنَّ اللَّهُ مَن يَنصُرُهُ ۗ إِنَّ اللَّهَ لَقَوِيٌّ عَزِيزٌ ﴿٤٠﴾

৪২। (নৈহৎপিখ্রবা)মখোইদু, ঐখোইনা পুথোকপিরবদি (জাতি অমা ওইনা) মালেমথক্তা, শোলগনি নমাজ অমসুং পীগনি জকাত অমসুং য়াথংনগনি (মীশিংবু) অফবা খোঙফম্নবা অমসুং থিংগনি ফত্তরম লম্বীনবা। তদুগা অল্লাহগীনি থবকশিংগী পোল্লোইদি।

الَّذِينَ إِن مَّكَّنَّاهُمْ فِي الْأَرْضِ أَقَامُوا الصَّلَاةَ وَآتَوُا الزَّكَاةَ وَأَمَرُوا بِالْمَعْرُوفِ وَنَهَوْا عَنِ الْمُنكَرِ ۗ وَلِلَّهِ عَاقِبَةُ الْأُمُورِ ﴿٤١﴾

৪৩। (মীনম মীচিংনীংবা) মখোইনা চুমদবা হায়রবদি নংবু (অমসুং নংগী পাওজেনবু), মখোইগী মমাংদা (লৈরম্বা মীরোনশিং) ঃ নুহগী মীশিং অমসুং আদশিং অমসুং সমূদশিংনসু চুমদবা হায়খি (মখোইগী নবীশিংবু),

وَإِن يُكَذِّبُوكَ فَقَدْ كَذَّبَتْ قَبْلَهُمْ قَوْمُ نُوحٍ وَعَادٌ وَثَمُودُ ﴿٤٢﴾

৪৪। অদুগা (অসুম্না তৌখি) ইব্রাহীমগী কাঙলুপ অমসুং লুতকী কাঙলুপসু,

وَقَوْمُ إِبْرَاهِيمَ وَقَوْمُ لُوطٍ ﴿٤٣﴾

৪৫। অমসুং মডয়ন্দা লৈরম্বশিংসু। অদুগা মুসাবু(সু) চুমদবা হায়বিখি। তৌইগুম্বসুং ঐনা পীখি মতম (শাংনা) লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদা (মরমচৎ চুমথোকচনবগী); অদুগী তুংদা ঐনা ফাজনবিখি মখোইবু, মতমদুদা (য়েংউ!) কয়াদা (শাথীখ্রবা) ঐবু য়াদবগী (তুং-তাবা) ফলদু!

وَّاَصۡحٰبُ مَدۡيَنَ ۚ وَكُذِّبَ مُوۡسٰى فَاَمۡلَيۡتُ لِلۡكٰفِرِيۡنَ ثُمَّ اَخَذۡتُهُمۡ ۚ فَكَيۡفَ كَانَ نَكِيۡرِ ﴿٤٤﴾

৪৬। শহর কয়া ঐখোইনা মাঙ-তাকহনবিখ্রবা, মদুনা য়ৌনা চুমদবা খোঙফম্নখিবগী, মরমদুনা মদু মথক-মখা ওন্থোকপিখ্রে; অমসুং গুহা কয়া থাদোকলমখ্রবা অমসুংঋাং-চাওরবা লানবল কয়াসু (মাঙ-তাকহনখ্রবা)!

فَكَاَيِّنۡ مِّنۡ قَرۡيَةٍ اَهۡلَكۡنٰهَا وَهِىَ ظَالِمَةٌ فَهِىَ خَاوِيَةٌ عَلٰى عُرُوۡشِهَا وَبِئۡرٍ مُّعَطَّلَةٍ وَّقَصۡرٍ مَّشِيۡدٍ ﴿٤٥﴾

৪৭। মখোই লম ইকোয়-কোয়দব্রা অমসুং লৈতব্রা মখোইগী থম্মোইশিং খঙনবা নত্ত্রগা মনাকোংশিং তানবা? তৌইগুম্বসুং মখোইগী মমিৎশিং তাংদে, তশেংবমক তাংলিবদি মখোইগী থবাকশিং মনুংদা লৈরিবা থম্মোইশিং অদুনি।

اَفَلَمۡ يَسِيۡرُوۡا فِى الۡاَرۡضِ فَتَكُوۡنَ لَهُمۡ قُلُوۡبٌ يَّعۡقِلُوۡنَ بِهَاۤ اَوۡ اٰذَانٌ يَّسۡمَعُوۡنَ بِهَا ۚ فَاِنَّهَا لَا تَعۡمَى الۡاَبۡصَارُ وَلٰـكِنۡ تَعۡمَى الۡقُلُوۡبُ الَّتِىۡ فِى الصُّدُوۡرِ ﴿٤٦﴾

৪৮। অদুগা মখোইনা হায়জরি নংঙোন্দা খরা থুগৎহন্নবগী রায়েল-চৈরাক (মখোইগী মথক্তা), তৌইগুম্বসুং (মতম খরা অদুক পংথরগসু) অল্লাহনা কদৌনুংদসু থুগায়বিরোই মহাক্কী রাশক। অদুগা তশেংবমক নংগী মপুগী মনাক্তা নুমিৎ অমসি মান্নবনি চহি লিশিং অমগা নখোইগী হিসাবদা।

وَيَسۡتَعۡجِلُوۡنَكَ بِالۡعَذَابِ وَلَنۡ يُّخۡلِفَ اللّٰهُ وَعۡدَهٗ ؕ وَاِنَّ يَوۡمًا عِنۡدَ رَبِّكَ كَاَلۡفِ سَنَةٍ مِّمَّا تَعُدُّوۡنَ ﴿٤٧﴾

৪৯। অদুগা শহর কয়া ঐনা (চৈরাক থাবিগদবদা) থিলহনখ্রবা (মরমচৎ ফগৎহন্নবগী) মদুনা অরানবা লম্বীনখ্রবদা! (ফত্তরম লম্বীনবদা অনম কনখ্রবা) মতমদুদা ঐনা ফাজিনবিখি মদু, অমসুং ঐঙোন্দা (পুম্নমক্কী) হনজনফমনি।

وَكَاَيِّنۡ مِّنۡ قَرۡيَةٍ اَمۡلَيۡتُ لَهَا وَهِىَ ظَالِمَةٌ ثُمَّ اَخَذۡتُهَا ۚ وَاِلَىَّ الۡمَصِيۡرُ ﴿٤٨﴾

৭ শুবা রুকূ

৫০। হায়য়ু: "হে মীওইবশিং! ঐদি ইচম-চম্বা চেকশিন-ব্রা হায়বা মীনি নখোইদা।"

قُلۡ يٰۤاَيُّهَا النَّاسُ اِنَّمَاۤ اَنَا لَـكُمۡ نَذِيۡرٌ مُّبِيۡنٌ ﴿٤٩﴾

৫১। মরমদুনা অদুগুম্বা মীওইশিং অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা থবকশিং খোঙফম্নবা মখোইগী-

فَالَّذِيۡنَ اٰمَنُوۡا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ لَهُمۡ مَّغۡفِرَةٌ وَّ

رِزْقٌ كَرِيمٌ ﴿٥١﴾

দমক্তি (ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা) ঙাকপিবনি অমসুং ইজ্জৎ কী চিঞ্জাকনি।

وَالَّذِينَ سَعَوْا فِي آيَاتِنَا مُعَاجِزِينَ أُولَٰئِكَ أَصْحَابُ الْجَحِيمِ ﴿٥٢﴾

৫২। তৌইগুম্বসুং ঐখোইগী পাওজেনশিংবু মায়োক্নবা হোৎনবশিংদু—মখোই মরূপশিংনি ভুং-ভুং চাকপা খাম্বি মৈকোমগী।

وَمَا أَرْسَلْنَا مِن قَبْلِكَ مِن رَّسُولٍ وَلَا نَبِيٍّ إِلَّا إِذَا تَمَنَّىٰ أَلْقَى الشَّيْطَانُ فِي أُمْنِيَّتِهِ فَيَنسَخُ اللَّهُ مَا يُلْقِي الشَّيْطَانُ ثُمَّ يُحْكِمُ اللَّهُ آيَاتِهِ ۗ وَاللَّهُ عَلِيمٌ حَكِيمٌ ﴿٥٣﴾

৫৩। অদুগা কদৌনুংদসু ঐখোইনা থাখিদে রসুল অমতা নত্রগা নবী অমতা নংগী মমাংদা, তৌইগুম্বসুং মহাকনা হোৎনবা খুদিংদা (মহাক্কী থবক পাংথোক্নবগী) শৈতান্না (থাজলম্মী অথিংবা) মহাক্কী হোৎনবগী মরমদা (ইংথুনবগী অচুম্বা)। অদুগী মতমদা অল্লাহনা লৌথোকপি শৈতান্না থাজল্লকপা (অথিংবা) অদু। অদুগী তুংদা অল্লাহনা চেৎনা লিংখৎলি মহাক্কী পাওজেনশিং। অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

لِّيَجْعَلَ مَا يُلْقِي الشَّيْطَانُ فِتْنَةً لِّلَّذِينَ فِي قُلُوبِهِم مَّرَضٌ وَالْقَاسِيَةِ قُلُوبُهُمْ ۗ وَإِنَّ الظَّالِمِينَ لَفِي شِقَاقٍ بَعِيدٍ ﴿٥٤﴾

৫৪। অদুনা অল্লাহনা ওইহন্নবা শৈতান্ন থাজল্লকপা অদু পরিক্ষা অমা অদুগুম্বা মীওইবশিংগী মখোইগী থম্মোইশিংদা অনাবা অমা লৈবা (ঈমান শোনবগী) অমসুং মখোইগী থম্মোইশিং কনশনখ্রবা (অচুম্বা থাজদবদা অনম কনবনা)। অদুগা তশেংবমক ফত্তরম লম্বীনবশিংদি মতম-পুম্বদা মপুকনিং ওনশল্লি (অচুম্বা) য়েথৎপদা,

وَلِيَعْلَمَ الَّذِينَ أُوتُوا الْعِلْمَ أَنَّهُ الْحَقُّ مِن رَّبِّكَ فَيُؤْمِنُوا بِهِ فَتُخْبِتَ لَهُ قُلُوبُهُمْ ۗ وَإِنَّ اللَّهَ لَهَادِ الَّذِينَ آمَنُوا إِلَىٰ صِرَاطٍ مُّسْتَقِيمٍ ﴿٥٥﴾

৫৫। অদুনা জ্ঞান পীবিখিবা মীওইশিংনা খঙজনবা মদুদি মসি অচুম্বনি নংগী মপুদগী, মরমদুনা মখোইনা থাজনবা মদুদা অমসুং মখোইগী মথম্মোইশিং (অকিবগা লোয়ননা) নোল্লুক্নবা মহাক্কী মমাংদা। অদুগা তশেংবমক অল্লাহনা লমজিংবি থাজবশিংবু অচুম্বা লম্বীদা।

وَلَا يَزَالُ الَّذِينَ كَفَرُوا فِي مِرْيَةٍ مِّنْهُ حَتَّىٰ تَأْتِيَهُمُ السَّاعَةُ بَغْتَةً أَوْ يَأْتِيَهُمْ عَذَابُ يَوْمٍ عَقِيمٍ ﴿٥٦﴾

৫৬। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নদুনা লৈবশিংদু তোক্লরোই চিংনবা মদুগী মরমদা, পুংফমদু খঙহৌদনা লাক্তরিবা ফাওবা মখোইদা নত্রগা লাক্তরিবা ফাওবা মখোইদা রায়েল-চৈরাক মাঙ-তাকহনবিগদবা নুমিৎ অমগী।

اَلْمُلْكُ يَوْمَئِذٍ لِّلّٰهِ ۚ يَحْكُمُ بَيْنَهُمْ ۚ فَالَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ فِيْ جَنّٰتِ النَّعِيْمِ ﴿٥٧﴾

৫৭। নুমিৎ অদুদা বাদশাহী অল্লাহগী ওইগনি। মহাকনা রয়েল বিচার তৌবিগনি মখোইগী মরক্তা। মরমদুনা অদুগুম্বা মীওইশিং অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনবা মখোইদু লৈগনি থোইদোক্লা নুংঙাইখ্রবা স্বর্গ লৈকোনশিংদা।

وَالَّذِيْنَ كَفَرُوْا وَكَذَّبُوْا بِاٰيٰتِنَا فَاُولٰٓئِكَ لَهُمْ عَذَابٌ مُّهِيْنٌ ﴿٥٨﴾

৫৮। তৌইগুম্বসুং ঐখোইগী রাপাওশিংবু থাজদবা অমসুং য়াদবশিংদু, ফংগনি চোপহনবগী রায়েল-চৈরাক।

৮ শুবা রুকূ

وَالَّذِيْنَ هَاجَرُوْا فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ ثُمَّ قُتِلُوْٓا اَوْ مَاتُوْا لَيَرْزُقَنَّهُمُ اللّٰهُ رِزْقًا حَسَنًا ۚ وَاِنَّ اللّٰهَ لَهُوَ خَيْرُ الرّٰزِقِيْنَ ﴿٥٩﴾

৫৯। অদুগা অদুগুম্বা মীওইশিং মযুমশিং থাদোকখ্রবা অল্লাহগীদমক অমসুং অদুগী তুংদা হাৎখ্রবা নত্রগা (নাদুনা) শিখ্রবা (অল্লাহগী থবক্তা থৌজংলিঙৈদা), অল্লাহনা শোয়দনমক পীবিগনি মখোইগীদমক্তা অফবা চিঞ্জাক। থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহদি খ্বাইদগী হেন্না পীনহৈবনি।

لَيُدْخِلَنَّهُمْ مُّدْخَلًا يَّرْضَوْنَهٗ ۗ وَاِنَّ اللّٰهَ لَعَلِيْمٌ حَلِيْمٌ ﴿٦٠﴾

৬০। মহাকনা শোয়দনমক চঙহনবিগনি মখোইবু (নুংঙাইবা) মফম অমদা মদু ওইগনি মখোইগী অপেনবা (মতেফম)। অদুগা অল্লাহদি তশেংবমক পোৎ পুম্নমক খঙবনি, খাংবিহৈবনি।

ذٰلِكَ ۚ وَمَنْ عَاقَبَ بِمِثْلِ مَا عُوْقِبَ بِهٖ ثُمَّ بُغِيَ عَلَيْهِ لَيَنْصُرَنَّهُ اللّٰهُ ۗ اِنَّ اللّٰهَ لَعَفُوٌّ غَفُوْرٌ ﴿٦١﴾

৬১। অসিগুম্বনি (মখোইগী মনা-মথিন); অদুগা কনাগুম্বনা (হন্না হন্না ওৎ-নৈবিখ্রবা মতুংদা) লমল খুমলবা মঙোন্দা তৌখিবা অদুগা মান্ননা অমসুং মসিগী মতুংদা (অমুকহন্না) মহাকপু ওৎ-নৈবিরবদি, অল্লাহনা শোয়দনমক তেংবাংবিগনি মহাকপু। তশেংবমক অল্লাহদি থোইদোক্লা ঙাকপিহৈবনি, য়োনজ-কোকপিহৈবনি।

ذٰلِكَ بِاَنَّ اللّٰهَ يُوْلِجُ الَّيْلَ فِي النَّهَارِ وَيُوْلِجُ

৬২। অদুম্মক তৌবা তাই, মরমদি অল্লাহনা (ওথোকই লায়বক অমসুং) ওইহল্লি (জুলম তৌবিখ্রবা জাতি অমগী খুদোংথীবা) অহিংবু (নুংঙাই-য়াইফবগী) নুংথিল অমসুং (জালিমশিংগী নুংঙাইবা) নুংথিলবু ওইহল্লি

النَّهَارَ فِي الَّيْلِ وَأَنَّ اللَّهَ سَمِيعٌ بَصِيرٌ ﴿٦١﴾

(অরা-অনংবগী) অহিং, মরমদি অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক উবনি।

ذَٰلِكَ بِأَنَّ اللَّهَ هُوَ الْحَقُّ وَأَنَّ مَا يَدْعُونَ مِن دُونِهِ هُوَ الْبَاطِلُ وَأَنَّ اللَّهَ هُوَ الْعَلِيُّ الْكَبِيرُ ﴿٦٢﴾

৬৩। মদুগী মরমদি অল্লাহদি অচুম্বনি, অমসুং মখোইনা কৌজরিবা মহাক নত্তবদু অরানবনি (মদু মাঙখিগনি লৈচিন তাকপগুম) অমসুং মরমদি অল্লাহদি (কোরৌ নোংমদোল্লগী) অৱাংবা নোংনিংথৌনি, খ্বাইদগী হেন্না অচৌবনি।

أَلَمْ تَرَ أَنَّ اللَّهَ أَنزَلَ مِنَ السَّمَاءِ مَاءً فَتُصْبِحُ الْأَرْضُ مُخْضَرَّةً ۗ إِنَّ اللَّهَ لَطِيفٌ خَبِيرٌ ﴿٦٣﴾

৬৪। উদব্রা নং অল্লাহনা তাহল্লি নোং ঈশিং কোরৌ নোংমদোল্দগী, অদুনা মালেমসে ইশং-শংলকই (অশং-অমানবনা)? থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহদি কুপ্না উগনবনি, ইখঙ-খঙবনি।

لَّهُ مَا فِي السَّمَاوَاتِ وَمَا فِي الْأَرْضِ ۗ وَإِنَّ اللَّهَ لَهُوَ الْغَنِيُّ الْحَمِيدُ ﴿٦٤﴾ ع

৬৫। মহাক্কীনি আসমান অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা পুম্নমক। থাঙ্গৈশেংবমক, অল্লাহদি অৱাৎ-অপা করিসু লৈতে, থাগৎপদা থোইদোক্না মতিকচাবনি।

৯ শুবা রুকূ

أَلَمْ تَرَ أَنَّ اللَّهَ سَخَّرَ لَكُم مَّا فِي الْأَرْضِ وَالْفُلْكَ تَجْرِي فِي الْبَحْرِ بِأَمْرِهِ وَيُمْسِكُ السَّمَاءَ أَن تَقَعَ عَلَى الْأَرْضِ إِلَّا بِإِذْنِهِ ۗ إِنَّ اللَّهَ بِالنَّاسِ لَرَءُوفٌ رَّحِيمٌ ﴿٦٥﴾

৬৬। উদব্রা নং অল্লাহনা মখা পোনহল্লি (মী) নখোইগী পৃথিবীদা লৈবা-পুম্বা অমসুং জহাজশিং সমুদ্র ঈপাকথক্তা হোল্লিবশিংসু মহাক্কী ময়াথংনা? অদুগা মহাকনা খামদুনা থম্মি আসমান তাগদৌবদগী মালেমদা মহাক্কী ময়াথং নত্তনা তশেংবমক অল্লাহদি মীনুংশি চাওবনি নুংশিহৈবনি মীওইবশিংদা।

وَهُوَ الَّذِي أَحْيَاكُمْ ثُمَّ يُمِيتُكُمْ ثُمَّ يُحْيِيكُمْ ۗ إِنَّ الْإِنسَانَ لَكَفُورٌ ﴿٦٦﴾

৬৭। অদুগা মহাকননি পীখিবা নখোইদা পুন্সি, মসিগী মতুংদা মহাকনা শিহনবিগনি নখোইবু, অদুগী তুংদা মহাকনা পীবিগনি নখোইদা পুন্সি অমা (অমুকহন্না)। তশেংবমক মীওইবদি খ্বাইদগী হেন্না তৌবিমল খঙদে।

لِّكُلِّ أُمَّةٍ جَعَلْنَا مَنسَكًا هُمْ نَاسِكُوهُ ۖ فَلَا يُنَازِعُنَّكَ فِي الْأَمْرِ ۚ وَادْعُ إِلَىٰ رَبِّكَ ۖ إِنَّكَ لَعَلَىٰ هُدًى

৬৮। জাতি খুদিংদা ঐখোইনা পীখি লাই-নীংবগী মতৌ মদু মখোইনা ইল্লি; মরমদুনা মখোইনা চীন্দান্নরোইদবনি নংগা হীরম অসিদা অমসুং নং বারতোন তৌ মখোইবু নংগী মপুগী

مُّسْتَقِيمٍ ﴿٦٨﴾

মায়কৈদা, করিনা হায়ববু নংদি তশেংবমক চৎলি অচুম্বা লমজিং।

وَإِن جَادَلُوكَ فَقُلِ اللَّهُ أَعْلَمُ بِمَا تَعْمَلُونَ ﴿٦٩﴾

৬৯। অদুগা মখোইনা চীন্দান-পাওদান্নরবদি নংগা, হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "অল্লাহনা মুন্না খঙই নখোইনা তৌরিবদু।

اللَّهُ يَحْكُمُ بَيْنَكُمْ يَوْمَ الْقِيَامَةِ فِيمَا كُنتُمْ فِيهِ تَخْتَلِفُونَ ﴿٧٠﴾

৭০। "অল্লাহনা রায়েল বিচার তৌবিগনি নখোইগী মরক্তা কিয়ামত নুমিত্তা নখোইনা য়ানরমদবা রাফম অদুগী মরমদা।

أَلَمْ تَعْلَمْ أَنَّ اللَّهَ يَعْلَمُ مَا فِي السَّمَاءِ وَالْأَرْضِ ۗ إِنَّ ذَٰلِكَ فِي كِتَابٍ ۚ إِنَّ ذَٰلِكَ عَلَى اللَّهِ يَسِيرٌ ﴿٧١﴾

৭১। নং খঙদব্রা অল্লাহনা খঙই আসমান অমসুং পৃথিবীদা লৈবা-পুম্বা? তশেংবমক মসি (ইশন্দুনা লৈ) কিতাব অমদা; অমসুং মসি তরায়বনি অল্লাহদা।

وَيَعْبُدُونَ مِن دُونِ اللَّهِ مَا لَمْ يُنَزِّلْ بِهِ سُلْطَانًا وَمَا لَيْسَ لَهُم بِهِ عِلْمٌ ۗ وَمَا لِلظَّالِمِينَ مِن نَّصِيرٍ ﴿٧٢﴾

৭২। অদুগা মখোইনা তৌই বন্দগী অল্লাহ নত্তবগী মদু তৌনবগী মহাকনা পীখিদে করিগুম্বা সনদ অমতা, অমসুং মদুগী মরমদা মখোই (তশেংনা) লৈতে জ্ঞান করিমতা (মখোই লৈরিবনি অমম্বদা)। অদুগা অরানবা লম্বীনবশিংগী লৈতে কনামতা তেংবাংবিনবা।

وَإِذَا تُتْلَىٰ عَلَيْهِمْ آيَاتُنَا بَيِّنَاتٍ تَعْرِفُ فِي وُجُوهِ الَّذِينَ كَفَرُوا الْمُنكَرَ ۖ يَكَادُونَ يَسْطُونَ بِالَّذِينَ يَتْلُونَ عَلَيْهِمْ آيَاتِنَا ۗ قُلْ أَفَأُنَبِّئُكُم بِشَرٍّ مِّن ذَٰلِكُمُ ۗ النَّارُ وَعَدَهَا اللَّهُ الَّذِينَ كَفَرُوا ۖ وَبِئْسَ الْمَصِيرُ ﴿٧٣﴾ ع ٩ ١٧

৭৩। অদুগা ঐখোইগী তশেংবা পাওজেনশিং থীথদুনা তাহনবা মতমদা মখোইদা, নংনা উগনি য়ানীংদবা উখোকপা চেংলৌ মমায়শিংদা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী। মখোই চোংশন্নীংগনি খৎনবা হৌবগী ঐখোইগী পাওজেনশিং থীথদুনা মখোইবু তাহল্লিবা মখোইদা। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "ঐনা তাকসিরা নখোইদা মদুদগী হেন্না ফত্তবা অমা?" (মদুদি) খাম্বি মৈনি (নরক্কী)! অল্লাহনা রাশকপিখ্রে মদু লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদা। অদুগা মদু ফত্তবা লমথুংফমনি।

১০ শুবা রুকূ

يَا أَيُّهَا النَّاسُ ضُرِبَ مَثَلٌ فَاسْتَمِعُوا لَهُ ۚ إِنَّ الَّذِينَ تَدْعُونَ مِن دُونِ اللَّهِ لَن يَخْلُقُوا ذُبَابًا

৭৪। হে মীওইবশিং! পান্দম অমা উৎপিগে, মরমদুনা পুকনিং চঙনা তাও মদু। তশেংবমক নখোইনা কৌজরিবা অল্লাহ নত্তবশিং অদুনা ঙমদে

وَلَوِ اجْتَمَعُوا لَهُ ۖ وَإِن يَسْلُبْهُمُ الذُّبَابُ شَيْئًا لَّا يَسْتَنقِذُوهُ مِنْهُ ۚ ضَعُفَ الطَّالِبُ وَالْمَطْلُوبُ ﴿٧٣﴾

শেম-শাবা হয়িং অমা (ফাওবা), মখোই পুম্নমক পুল্লপ্না পুনশল্লবসু মদু তৌনবগী। অদুগা হয়িং অদুনা লাকখ্রবসু করিগুম্বা অমা মখোইদগী, মখোইনা ঙমদে অমুকহন্না লৌবা মদু মদুদগী। অশোনবনি (অনিমক) সেবা তৌবা মীসু অমসুং থৌগল্লিবা লাইসু।

مَا قَدَرُوا اللَّهَ حَقَّ قَدْرِهِ ۗ إِنَّ اللَّهَ لَقَوِيٌّ عَزِيزٌ ﴿٧٤﴾

৭৫। মখোইনা লূনা তৌদে (শক্তি পুম্নমক লৈবা) অল্লাহবু মহাক্কী লূনা তৌফম থোকপা মতুংইন্না। থাঙ্গৈশেংবমক, অল্লাহদি শক্তিশালীনি, পাঙ্গলবনি।

اللَّهُ يَصْطَفِي مِنَ الْمَلَائِكَةِ رُسُلًا وَمِنَ النَّاسِ ۚ إِنَّ اللَّهَ سَمِيعٌ بَصِيرٌ ﴿٧٥﴾

৭৬। অল্লাহনা খল্লি মহাক্কী দুতশিং ফরিশতহ-শিংদগী অমসুং মীশিংদগী(সু)। থাঙ্গৈশেংবমক, অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক উবনি।

يَعْلَمُ مَا بَيْنَ أَيْدِيهِمْ وَمَا خَلْفَهُمْ ۗ وَإِلَى اللَّهِ تُرْجَعُ الْأُمُورُ ﴿٧٦﴾

৭৭। মহাকনা খঙই মখোইগী মমাংদা (থৌরম মতৌ) লৈরিবসু অমসুং মখোইগী মতুংদা (থোরক্কদবগী) লৈরিবসু। অদুগা অল্লাহদা থবক পুম্নমক্কী হনজনফমনি (রা লেপ্লবগীদমক)।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا ارْكَعُوا وَاسْجُدُوا وَاعْبُدُوا رَبَّكُمْ وَافْعَلُوا الْخَيْرَ لَعَلَّكُمْ تُفْلِحُونَ ۩ ﴿٧٧﴾

৭৮। হে অচুম্বা থাজবশিং! নকোক নোনথৌ অমসুং সজদহ তৌ, অমসুং খুরুম-খাজংঙু নখোইগী মপুবু অমসুং অফবা (থবকশিং) লম্বীনৌ অদুনা নখোই নমায় পাকচনবা।

وَجَاهِدُوا فِي اللَّهِ حَقَّ جِهَادِهِ ۚ هُوَ اجْتَبَاكُمْ وَمَا جَعَلَ عَلَيْكُمْ فِي الدِّينِ مِنْ حَرَجٍ ۚ مِّلَّةَ أَبِيكُمْ إِبْرَاهِيمَ ۚ هُوَ سَمَّاكُمُ الْمُسْلِمِينَ مِن قَبْلُ وَفِي هَٰذَا لِيَكُونَ الرَّسُولُ شَهِيدًا عَلَيْكُمْ وَتَكُونُوا شُهَدَاءَ عَلَى النَّاسِ ۚ فَأَقِيمُوا الصَّلَاةَ

৭৯। অদুগা হোৎনবা কল্লু অল্লাহগীদমক হোৎনফম থোকপা মতুংইন্না। মহাকনা খনবিখ্রে নখোইবু অমসুং থম্বিদে করিগুম্বা অরুবা অমতা নখোইগী নথক্তা ধর্ম্মদা, (মরমদুনা ইল্লু) ধর্ম্ম (ঈকাইখুম্নখ্রবা) নপুবোক ইব্রাহীমগী। মহাকনা মিং কৌবিখ্রে নখোইবু মুসলিম মমাংঙৌদা অমসুং (কিতাব) অসিদসু, অদুনা রসুলনা ওইনবা সাক্ষী অমা নখোইগী নথক্তা, অমসুং নখোইসু ওইনবা সাক্ষী মীওইবশিংগী মথক্তা। মরমদুনা নমাজ চাং নাইনা তৌ অমসুং জকাত পীয়ু অমসুং চেৎনা পায়ু অল্লাহদা (করার তৌখিবা রাদা)। মহাক্তি

وَاٰتُوا الزَّكٰوةَ وَاعْتَصِمُوْا بِاللّٰهِ ؕ هُوَ مَوْلٰىكُمْ ۚ فَنِعْمَ الْمَوْلٰى وَنِعْمَ النَّصِيْرُ ﴿٧٨﴾

নখোইগী ঙাক-শেনবনি, খ্বাইদগী হেন্না ফবা ঙাক-শেনবনি অমসুং খ্বাইদগী হেন্না ফবা তেংবাংবনি!



سُوْرَةُ الْمُؤْمِنُوْنَ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ২৩ অল-মুঅমিনূন

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ১১৯ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ﴿١﴾

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

قَدْ اَفْلَحَ الْمُؤْمِنُوْنَ ﴿٢﴾

২। থাঙ্গৈশেংবমক, মায় পাকপা ওইগনি অচুম্বা থাজবশিংদি,

الَّذِيْنَ هُمْ فِيْ صَلَاتِهِمْ خٰشِعُوْنَ ﴿٣﴾

৩। মখোই নোল্লুকই নমাজ (ধর্ম্ম-সাধন) তৌবদা,

وَالَّذِيْنَ هُمْ عَنِ اللَّغْوِ مُعْرِضُوْنَ ﴿٤﴾

৪। অমসুং মখোই থাদোকই রারেম-থৌরেম পুম্নমক,

وَالَّذِيْنَ هُمْ لِلزَّكٰوةِ فٰعِلُوْنَ ﴿٥﴾

৫। অমসুং মখোই ঈচং থৌই জকাত (দান) পীবদা,

وَالَّذِيْنَ هُمْ لِفُرُوْجِهِمْ حٰفِظُوْنَ ﴿٦﴾

৬। অমসুং মখোইনা ঙাকই মখোইগী ইন্দ্রি শেরান্নবা শীজিন্নবা—

اِلَّا عَلٰۤى اَزْوَاجِهِمْ اَوْ مَا مَلَكَتْ اَيْمَانُهُمْ فَاِنَّهُمْ غَيْرُ مَلُوْمِيْنَ ﴿٧﴾

৭। (অতৈ অতোপ্পা নুপীশিংদগী) নত্তনা মখোইগী মতাল্লোইশিংদা অমদি মখোইগী মখুৎ য়েংথংবশিংনা দখল তৌরিবা (হায়বদি মীনাই নুবীশিং লুহোংদুনা লৌরব) দা (ইন্দ্রি নুংঙাই-নরুবদা) করিসু দোশ লৈতে;

فَمَنِ ابْتَغٰى وَرَآءَ ذٰلِكَ فَاُولٰٓئِكَ هُمُ الْعٰدُوْنَ ﴿٨﴾

৮। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা (মিতা-খমদাদুনা) থিরবদি (অতোপ্পা নুপীশিং) মখোইসি নত্তবা, মখোই কা হেন্দোকপশিংনি ;

وَالَّذِيْنَ هُمْ لِاَمٰنٰتِهِمْ وَعَهْدِهِمْ رٰعُوْنَ ﴿٩﴾

৯। অমসুং মখোই চেকশল্লি মখোইদা শীন্নবা পোৎশিং অমসুং মখোইগী ৱাশকশিং,

وَالَّذِيْنَ هُمْ عَلٰى صَلَوٰتِهِمْ يُحَافِظُوْنَ ﴿١٠﴾

১০। অমসুং মখোই চপচানা তৌই মখোইগী নমাজশিং।

اُولٰٓئِكَ هُمُ الْوٰرِثُوْنَ ﴿١١﴾

১১। মখোইসি ৱারিস (মহুৎ শীন্দুনা স্বর্গ ফংহৌবা মী)শিংনি।

الَّذِيْنَ يَرِثُوْنَ الْفِرْدَوْسَ هُمْ فِيْهَا خٰلِدُوْنَ ﴿١٢﴾

১২। মখোই স্বর্গ ফংগনি স্বর্গ লৈকোন। মখোই লৈরগনি (লোম্বা নাইদনা) মদুগী মনুংদা।

وَلَقَدْ خَلَقْنَا الْاِنْسَانَ مِنْ سُلٰلَةٍ مِّنْ طِيْنٍ ﴿١٣﴾
ثُمَّ جَعَلْنٰهُ نُطْفَةً فِيْ قَرَارٍ مَّكِيْنٍ ﴿١٤﴾

১৩। থাঙ্গৈশেংবমক, ঐখোইনা শেম-শাখি তাইবঙ মীবু লৈখোমগী মচং ওইবা শরুক্তগী :

১৪। অদুগী তুংদা ঐখোইনা শেমখি মহাকপু অঙাং শানবা মহীক অমা ওইনা (পথৌগী বীর্য্যদা য়াওবা অমসুং থমখি) চেকশনখ্রবা মতেফম (-পল্লেমগী ইনুং শিলয়োমনুং)দা ;

ثُمَّ خَلَقْنَا النُّطْفَةَ عَلَقَةً فَخَلَقْنَا الْعَلَقَةَ مُضْغَةً فَخَلَقْنَا الْمُضْغَةَ عِظٰمًا فَكَسَوْنَا الْعِظٰمَ لَحْمًا ثُمَّ اَنْشَاْنٰهُ خَلْقًا اٰخَرَ فَتَبٰرَكَ اللّٰهُ اَحْسَنُ الْخٰلِقِيْنَ ﴿١٥﴾

১৫। অদুগী তুংদা ঐখোইনা শেমখি মহীক অদুবু ফমজল্লবা ঈ মতুম অমা ওইনা ; অদুগী তুংদা ঐখোইনা শেমখি ঈ মতুম অদুবু মওং নাইদবা শা মতুম অমা ওইনা ; অদুগী তুংদা ঐখোইনা শেমখি মওং নাইদবা শা মতুম অদুদগী শরূ পোলাং : অদুগী তুংদা ঐখোইনা য়োমশনখি শরূ পোলাং অদুবু মতোং (অমসুং মউন)না ; কায়থংদা ঐখোইনা চাওখৎহনবিখি মহাকপু অতোপ্পা মওংদা। মরমদুনা য়াইফখোল লৈবনি অল্লাহদি— খ্বাইদগী হেন্না শেম-শাবা হৈবনি।

ثُمَّ اِنَّكُمْ بَعْدَ ذٰلِكَ لَمَيِّتُوْنَ ﴿١٦﴾

১৬। মসিগী মতুংদা নখোই শোয়দনমক কুমগনি অমং য়াইথোং।

ثُمَّ اِنَّكُمْ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ تُبْعَثُوْنَ ﴿١٧﴾

১৭। মসিগী মতুংদা কিয়ামত নুমিত্তা নখোইবু অমুক হিংগৎহনবিগনি।

وَلَقَدْ خَلَقْنَا فَوْقَكُمْ سَبْعَ طَرَآئِقَ ۖ وَمَا كُنَّا عَنِ الْخَلْقِ غٰفِلِيْنَ ﴿١٧﴾

১৮। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা শেম-শাখি নখোইগী নথক্তা লম্বেল তরেৎ অমসুং ঐখোইনা কদৌনুংদসু থৌওইদবা তৌদে খুৎশেমদুগী।

وَاَنْزَلْنَا مِنَ السَّمَآءِ مَآءًۢ بِقَدَرٍ فَاَسْكَنّٰهُ فِى الْاَرْضِ ۖ وَاِنَّا عَلٰى ذَهَابٍۢ بِهٖ لَقٰدِرُوْنَ ﴿١٨﴾

১৯। অদুগা ঐখোইনা তাহল্লি নোং-ঈশিং কোরৌ নোংমদোন্দগী অরেম্পা চাংদা, অমসুং ঐখোইনা তুংহল্লি মদু (অনেম্বা অমসুং অকুৎপা) লৈবাক্তা, অমসুং ঐখোইনা তশেংনা ঙম্মি লৌথোকখিবসু মদু।

فَاَنْشَاْنَا لَكُمْ بِهٖ جَنّٰتٍ مِّنْ نَّخِيْلٍ وَّاَعْنَابٍ ۘ لَكُمْ فِيْهَا فَوَاكِهُ كَثِيْرَةٌ وَّمِنْهَا تَاْكُلُوْنَ ﴿١٩﴾

২০। অমসুং ঐখোইনা থোকহল্লি (নোং-ঈশিং) অদুগী মপান্না হৈকোনশিং খজুরগী অমসুং অঙ্গুরগী, মদুদা নখোইনা ফংই উহৈশিং মরাংকায়না, অমসুং নখোইনা (হাউনা থুম্না) চাই মদুদগী,

وَشَجَرَةً تَخْرُجُ مِنْ طُوْرِ سَيْنَآءَ تَنْۢبُتُ بِالدُّهْنِ وَصِبْغٍ لِّلْاٰكِلِيْنَ ﴿٢٠﴾

২১। অমসুং ঐখোইনা হৌহল্লি (য়াইফখোল লৈবা) উপাম্বী অমা (মমিং জৈতুন কৌবা) সিনাই চীংদা, মদুদগী থোকই থাও অমসুং য়েঙ্গাং অচাবশিংগীদমক্তা।

وَاِنَّ لَكُمْ فِى الْاَنْعَامِ لَعِبْرَةً ۖ نُسْقِيْكُمْ مِّمَّا فِىْ بُطُوْنِهَا وَلَكُمْ فِيْهَا مَنَافِعُ كَثِيْرَةٌ وَّمِنْهَا تَاْكُلُوْنَ ﴿٢١﴾

২২। অমসুং শজিক চাবা শাশিংদ (সু) নখোইগী পারা (অমসুং খুদম) অমা লৈ। ঐখোইনা পিথকই নখোইবু (শঙ্গোম) মখোইগী মপুক্তগী অমসুং মখোইদা নখোইগী কান্নবা (মরম) কয়া লৈ অমসুং মখোইদগী নখোইনা (পেন্না) চাই (শদোং);

وَعَلَيْهَا وَعَلَى الْفُلْكِ تُحْمَلُوْنَ ﴿٢٢﴾

২৩। অমসুং মখোইগী মথক্তা অমসুং জাহাজশিংদা নখোইবু হাপ্তুনা পুই।

২ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ اَرْسَلْنَا نُوْحًا اِلٰى قَوْمِهٖ فَقَالَ يٰقَوْمِ اعْبُدُوا اللّٰهَ مَا لَكُمْ مِّنْ اِلٰهٍ غَيْرُهٗ ۗ اَفَلَا تَتَّقُوْنَ ﴿٢٣﴾

২৪। অদুগা ঐখোইনা তশেংনমক থাবিখি নুহবু মহাক্কী কাঙলুপ্তা অমসুং মহাকনা হায়খিঃ "হো ঐগী কাঙলুপ! অল্লাহগী বন্দগী তৌ, লৈতে নখোইগী চীঙু লাই কনামতা মহাক নত্তনা। নখোই ধর্ম্ম লম্বীনরোই হায়রব্রা?

فَقَالَ الْمَلَؤُا الَّذِيْنَ كَفَرُوْا مِنْ قَوْمِهٖ مَا هٰذَآ اِلَّا بَشَرٌ

২৫। অদুগা মহাক্কী কাঙলুপকী লমফে-খোঙফম্নবা লুচিংবশিংনা হায়খিঃ "মহাকসু

মীনি নখোইগুম্বা; মহাকনা পামই মথক থোংবা নখোইগী (ধর্ম্মগী পাওজেন লাউথোক্নুনা)। অদুগা অল্লাহনা করিগুম্বা তৌনীংলমলবদি, মহাকনা শোয়দনমক থাবিরকলমগনি ফরিশতহ-শিংবু। ঐখোইনা তাখিদরি (মহাক্কী রাঙাঙসি) থাইনগী ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংগী মরক্তা (ফাওবা)।

فَقَالَ الْمَلَؤُا الَّذِيْنَ كَفَرُوْا مِنْ قَوْمِهٖ مَا هٰذَآ اِلَّا بَشَرٌ مِّثْلُكُمْ يُرِيْدُ اَنْ يَّتَفَضَّلَ عَلَيْكُمْ وَلَوْ شَآءَ اللّٰهُ لَاَنْزَلَ مَلٰٓئِكَةً ۚ مَّا سَمِعْنَا بِهٰذَا فِيْٓ اٰبَآئِنَا الْاَوَّلِيْنَ ۝

২৬। "মহাকসে অঙাওবা লাইচুরবা মীনি; মরমদুনা ঙাইখো মহাকপু মতম খরা।"

اِنْ هُوَ اِلَّا رَجُلٌۢ بِهٖ جِنَّةٌ فَتَرَبَّصُوْا بِهٖ حَتّٰى حِيْنٍ ۝

২৭। মহাকনা হায়খিঃ "ঐগী মপুও! তেংবাংবিয়ু ঐবু, মরমদি মখোইনা লৌবিখ্রে ঐবু লৌশিং মীনম লাংথাকপা অমা ওইনা।"

قَالَ رَبِّ انْصُرْنِيْ بِمَا كَذَّبُوْنِ ۝

২৮। মরমদুনা ঐখোইনা ফোংদোকপিখি রাপাও মঙোন্দা (অসি হায়বিদুনা)ঃ "শাও হীজাওদু ঐখোইগী মিৎমাংমক্তদা অমসুং ঐখোইগী রাপাওগী মতুংইন্না। অদুগী তুংদা ঐখোইগী য়াথং লাকলবদা, অমসুং ঈফুৎশিংদগী ঈশিং রা-রা-রা চেংথোরকলবদা, হাপকৎলু (হীজাও) অদুগী মনুংদা অনি অনি জীব মখল খুদিংগী, লাবা অমসুং অমোম, (নং অমসুং নতুং ইনবশিংনা দরকার ওইবদু) অমসুং নংগী ইমুংগী মীশিং, নত্তনা হায়বা ইন্দবশিং মখোইদু—মখোইগী মায়োক্তা হান্নना য়াথং থোকখ্রবা। অদুগা ঐঙোন্দা রা হায়গনু জালিমশিংগী মরমদা, মখোই শোয়দনমক ঈরাক্লরগনি (অমসুং কনবা শুপয়া-ন্যাররোই)।

فَاَوْحَيْنَآ اِلَيْهِ اَنِ اصْنَعِ الْفُلْكَ بِاَعْيُنِنَا وَوَحْيِنَا فَاِذَا جَآءَ اَمْرُنَا وَفَارَ التَّنُّوْرُ ۙ فَاسْلُكْ فِيْهَا مِنْ كُلٍّ زَوْجَيْنِ اثْنَيْنِ وَاَهْلَكَ اِلَّا مَنْ سَبَقَ عَلَيْهِ الْقَوْلُ مِنْهُمْ ۚ وَلَا تُخَاطِبْنِيْ فِى الَّذِيْنَ ظَلَمُوْا ۚ اِنَّهُمْ مُّغْرَقُوْنَ ۝

২৯। অদুগা নখোইনা হীজাওদা তোংখৎলবা মতমদা— নং অমসুং নংগা লোয়নবশিংনাহায়যু ঃ "থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহবুনি, মহাকনা কনবি ঐখোইবু অরানবা লম্বীনবশিংদগী।"

فَاِذَا اسْتَوَيْتَ اَنْتَ وَمَنْ مَّعَكَ عَلَى الْفُلْكِ فَقُلِ الْحَمْدُ لِلّٰهِ الَّذِيْ نَجّٰىنَا مِنَ الْقَوْمِ الظّٰلِمِيْنَ ۝

৩০। অদুগা (ঈচাও হন্থরক্নুনা নখোইনা হীজাওদগী কংফান্দা কাবা মতমদা) হায়যু ঃ "ঐগী মপুও! কুমহনবিয়ু ঐবু কংফান্দা নুঙাইবগী মশক ওইবা মকুম অমা, অমসুং

وَقُلْ رَّبِّ اَنْزِلْنِيْ مُنْزَلًا مُّبٰرَكًا وَّاَنْتَ خَيْرُ

نহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না (মীশিংবু) কুমহনবিহৈবনি কংফান্দা।''

৩১। থাঙ্গৈশেংনমক, (রারী) অসিদা লৈরে খুদমশিং (ভাব তানবগী)। ঐখোইনা তশেংনা চাং য়েংবিখি (নুহগী মীশিংবু)।

৩২। অদুগী তুংদা ঐখোইনা পুথোকপিখি মখোইগী মতুংদা অতোপ্পা মীরোন অমা।

৩৩। অদুগা ঐখোইনা থাবিখি মখোইগী মরক্তা রসূল অমা মখোইগী মরক্তগী (খন্দুনা, মহাকনা হায়খি), ''অল্লাহগী বন্দগী তৌ। নখোইগী লৈতে চাঙু লাই কনামতা মহাক নত্তনা। নখোই ধর্ম্ম লম্বীনরোই হায়রব্রা ?''

৩ শুবা রুকূ

৩৪। অদুগা মহাক্কী কাঙলুপকী লুচিংবশিং, লমফৈ-খোঙফম্নবা অমসুং আখেরত উনগনি হায়বা য়াদবা অমসুং মখোইবু ঐখোইনা নুংঙাই য়াইফবা শরুক্নহনবিখ্রবা হন্দক্কী মপোক্তা, মখোইনা হায়খি ঃ ''মসি নখোইগুম্বা মী অমনি। মহাকনা চাই নখোইনা চাবদু অমসুং থকই নখোইনা থকপদু,

৩৫। ''অমসুং নখোইনা ময়াথং ইল্লবদি মী অমগী নখোইগুম্বা, নখোই শোয়দনমক অমাঙবা খোঙফম্নরগনি,

৩৬। ''মহাকনা রাশক তৌব্রা নখোইদা মদুদি নখোইনা শিখ্রবদা অমসুং উফুল ওনখ্রবদা অমসুং শরূ (লুকং)তা ঙাইরবদা, নখোইবু অমুকহন্না পুথোকপিগনি ?

৩৭। ''লাপখ্রে, লাপখ্রে (অচুম্বদগী) নখোইদা তৌরিবা রাশক অদু।

৩৮। ''অতোপ্পা পুন্সি অমা লৈতরে ঐখোইগী তাইবঙ পুন্সি অসি নত্তবা, ঐখোই শি(গনি শোয়দনমক) অমসুং (হৌজিক) ঐখোই হিংলি,

الْمُنْزِلِينَ ۝

إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَاتٍ وَإِن كُنَّا لَمُبْتَلِينَ ۝

ثُمَّ أَنشَأْنَا مِن بَعْدِهِمْ قَرْنًا آخَرِينَ ۝

فَأَرْسَلْنَا فِيهِمْ رَسُولًا مِّنْهُمْ أَنِ اعْبُدُوا اللَّهَ مَا لَكُم مِّنْ إِلَٰهٍ غَيْرُهُ ۚ أَفَلَا تَتَّقُونَ ۝ ع

وَقَالَ الْمَلَأُ مِن قَوْمِهِ الَّذِينَ كَفَرُوا وَكَذَّبُوا بِلِقَاءِ الْآخِرَةِ وَأَتْرَفْنَاهُمْ فِي الْحَيَاةِ الدُّنْيَا مَا هَٰذَا إِلَّا بَشَرٌ مِّثْلُكُمْ يَأْكُلُ مِمَّا تَأْكُلُونَ مِنْهُ وَيَشْرَبُ مِمَّا تَشْرَبُونَ ۝

وَلَئِنْ أَطَعْتُم بَشَرًا مِّثْلَكُمْ إِنَّكُمْ إِذًا لَّخَاسِرُونَ ۝

أَيَعِدُكُمْ أَنَّكُمْ إِذَا مِتُّمْ وَكُنتُمْ تُرَابًا وَعِظَامًا أَنَّكُم مُّخْرَجُونَ ۝

هَيْهَاتَ هَيْهَاتَ لِمَا تُوعَدُونَ ۝

إِنْ هِيَ إِلَّا حَيَاتُنَا الدُّنْيَا نَمُوتُ وَنَحْيَا وَمَا نَحْنُ

بِمَبۡعُوۡثِيۡنَ ۝٣٨

তৌইগুম্বসুং ঐখোই শিবদগী অমুক হিংগৎহনবিররোই।

إِنۡ هُوَ إِلَّا رَجُلٌ ٱفۡتَرَىٰ عَلَى ٱللَّهِ كَذِبًا وَمَا نَحۡنُ لَهُۥ بِمُؤۡمِنِينَ ۝٣٩

৩৯। "মহাকসে অসিগুম্বা মীওইনিঃ মহাকনা হায়জিল্লি মীনম্বা অল্লাহগী মথক্তা, অমসুং ঐখোইনা হেক্তমক থাজগদৌবা নত্তে মহাকপু।"

قَالَ رَبِّ ٱنصُرۡنِي بِمَا كَذَّبُونِ ۝٤٠

৪০। মহাকনা হায়খিঃ ঐগী মপুও! তেংবাংবিয়ু ঐবু, মরমদি মখোইনা তৌবিখ্রে ঐবু লৌশিং মীনম লাংথাকপা অমা ওইনা।"

قَالَ عَمَّا قَلِيلٍ لَّيُصۡبِحُنَّ نَٰدِمِينَ ۝٤١

৪১। অল্লাহনা হায়বিখিঃ "মতম খরগী মনুংদা মখোই (দোশা তাগনি অমসুং) নীঙঙমদবা ফোংদোকচগনি করি নুংগী তৌরুবনো হায়না।

فَأَخَذَتۡهُمُ ٱلصَّيۡحَةُ بِٱلۡحَقِّ فَجَعَلۡنَٰهُمۡ غُثَآءً فَبُعۡدًا لِّلۡقَوۡمِ ٱلظَّٰلِمِينَ ۝٤٢

৪২। মরমদুনা রায়েল-চৈরাকনা (তান্নদুনা) ফাবিখি মখোইবু ফাফম থোকপগী মতুংইন্না অমসুং ঐখোইনা ওইহনবিখি মখোইবু (হুন্দোকলবা) পোথি-পোৎকুপগুম। মরমদুনা, সিরাপ ফংলসনু তারানবা লম্বীনবা মীশিংদো!

ثُمَّ أَنشَأۡنَا مِنۢ بَعۡدِهِمۡ قُرُونًا ءَاخَرِينَ ۝٤٣

৪৩। মসিগী মতুংদা ঐখোইনা পুথোকপিখি মখোইগী মতুংদা অতোপ্পা মীরোনশিং।

مَا تَسۡبِقُ مِنۡ أُمَّةٍ أَجَلَهَا وَمَا يَسۡتَـٔۡخِرُونَ ۝٤٤

৪৪। কনাগুম্বা জাতি অমতা হেন্দোকপা ঙমদে মাগী লেপখিবা মতম নত্রগা ঙমদে থঁ, থবসু মদু (মতম খজিক্তুং)।

ثُمَّ أَرۡسَلۡنَا رُسُلَنَا تَتۡرَا كُلَّ مَا جَآءَ أُمَّةً رَّسُولُهَا كَذَّبُوهُ فَأَتۡبَعۡنَا بَعۡضَهُم بَعۡضًا وَجَعَلۡنَٰهُمۡ أَحَادِيثَ فَبُعۡدًا لِّقَوۡمٍ لَّا يُؤۡمِنُونَ ۝٤٥

৪৫। অদুগী তুংদা ঐখোইনা থাখি ঐখোইগী রসুলশিং মথং-মথং (পরেং নাইনা)। মতম খুদিংদা লাকখিবদা জাতি অমদা মখোইগী রসুল, মখোইনা মরাল শীবিখি মহাকপু মীনম্বা ঙাঙবা মীনি হায়না। মরমদুনা ঐখোইনা তুং ইনহনবিখি মখোইবু অমগী মতুংদা অমা (মাঙ-তাকপদা) অমসুং ঐখোইনা ওইহনবিখি মখোইবু ইচম-চম্না রারীননবা (মখোইনা ফত্তরম লম্বীনখিবগী)। মরমদুনা, সিরাপ ফংলসনু অচুম্বা থাজদবা মীশিংদো!

ثُمَّ أَرۡسَلۡنَا مُوسَىٰ وَأَخَاهُ هَٰرُونَ بِـَٔايَٰتِنَا

৪৬। অদুগী তুংদা ঐখোইনা থাখি মুসা অমসুং

وَسُلْطٰنٍ مُّبِيْنٍ ۝٤٥

মহাক্কী ময়াম্বা হারুনবু, লোয়ননা ঐখোইগী (অঙকপা) খুদমশিং অমসুং তশেং-তশেংবা দলিলগা,

اِلٰى فِرْعَوْنَ وَمَلَا۟ىِٕهٖ فَاسْتَكْبَرُوْا وَكَانُوْا قَوْمًا عَالِيْنَ ۝٤٦

৪৭। ফিরঔন অমসুং মহাক্কী অঙম্বশিংদা; তৌইগুম্বসুং মখোই ইফন্দা-ফনখি অমসুং ওইখি থকশি-খাশিনাইদবা মীশিং :

فَقَالُوْٓا اَنُؤْمِنُ لِبَشَرَيْنِ مِثْلِنَا وَقَوْمُهُمَا لَنَا عٰبِدُوْنَ ۝٤٧

৪৮। অমসুং মখোইনা হায়খিঃ "ঐখোইনা থাজসিরা মী অনি ঐখোইগুম্বদা, মখোইগী মীশিংদি ওইরগা ঐখোইগী ইনাইশিং ?"

فَكَذَّبُوْهُمَا فَكَانُوْا مِنَ الْمُهْلَكِيْنَ ۝٤٨

৪৯। মরমদুনা মখোইনা মরাল শীবিখি মখোইবু মীনম্বা ডাওবা মীশিংনি হায়না, অমসুং (মখোইগী তৌজমল ওইনা) মখোই ওইখি লৈখা তারবশিং।

وَلَقَدْ اٰتَيْنَا مُوْسَى الْكِتٰبَ لَعَلَّهُمْ يَهْتَدُوْنَ ۝٤٩

৫০। অদুগা ঐখোইনা পীখি মুসাদা কিতাব অমা অদুনা মখোই (ইস্রাঈল মচাশিং)বু লমজিংবিনবা।

وَجَعَلْنَا ابْنَ مَرْيَمَ وَاُمَّهٗٓ اٰيَةً وَّاٰوَيْنٰهُمَآ اِلٰى رَبْوَةٍ ذَاتِ قَرَارٍ وَّمَعِيْنٍ ۝٥٠

৫১। অদুগা ঐখোইনা ওইহনবিখি মরয়মগী মচা নিপা (ঈসা)অমসুং মহাক্কী মমাবু খুদম অমা (মীশিংদা), অমসুং পীখি মখোইবু চঙজফম (ফজত্থবা) অরাংবা লম অমদা মদুদা লৈ তমপাক লমশিং অমসুং ঈফুৎশিং।

৪ শুবা রুকূ

يٰٓاَيُّهَا الرُّسُلُ كُلُوْا مِنَ الطَّيِّبٰتِ وَاعْمَلُوْا صَالِحًا ۗ اِنِّيْ بِمَا تَعْمَلُوْنَ عَلِيْمٌ ۝٥١

৫২। হে রসুলশিং! চাও অশেংবা পোৎশিং অমসুং অফবা থবকশিং খোঙফমনৌ। তশেংনমক ঐদি ইখঙ-খঙবনি নখোইনা তৌরিবা পুম্বা।

وَاِنَّ هٰذِهٖٓ اُمَّتُكُمْ اُمَّةً وَّاحِدَةً وَّاَنَا رَبُّكُمْ فَاتَّقُوْنِ ۝٥٢

৫৩। অদুগা (খঙজু) নখোইগী জাতিসে জাতি অমতনি অমসুং ঐনা নখোইগী মপুনি। মরমদুনা লৌ ঐবু নখোইগী ডাকশেনবিবা ওইনা।

فَتَقَطَّعُوْٓا اَمْرَهُمْ بَيْنَهُمْ زُبُرًا ۗ كُلُّ حِزْبٍۢ بِمَا لَدَيْهِمْ فَرِحُوْنَ ۝٥٣

৫৪। তৌইগুম্বসুং মখোই কাঙলুপ খায়দোক্লখি মখোইগী (ধর্ম্মগী) রাফমদা মখোইগী মরক্তা। কাঙলুপ খুদিংনা নুংঙাইনা শরুক্লখি মখোইগী (হান্না) লৈরম্বা (অরানবা নীতি) অদুদা।

فَذَرْهُمْ فِيْ غَمْرَتِهِمْ حَتّٰى حِيْنٍ ۝٥٤

৫৫। মরমদুনা থাদোকও মখোইবু মখোইগী চনৈনবা ফিবমদা (অরেপ্পা) মতম অমগী।

৫৬। মখোইনা খনব্রা লন-থুম অমসুং মচা পিবাশিং ঐখোইনা পীনদুনা মখোইদা.

أَيَحْسَبُونَ أَنَّمَا نُمِدُّهُم بِهِ مِن مَّالٍ وَبَنِينَ ۝٥٥

৫৭। ঐখোইনা থুনা হেক্তেনক ভৌবিরগনি মখোইগীদমক্তো অকনা (পোৎশিং)? নত্তে. (পুম্নমকসি চাংয়েংনি) মখোই করিস্ খঙদে.

نُسَارِعُ لَهُمْ فِي الْخَيْرَاتِ ۚ بَل لَّا يَشْعُرُونَ ۝٥٦

৫৮। তশেংনমক. অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা থক-থক নীকপা কিজদুনা মখোইগী মপুবু.

إِنَّ الَّذِينَ هُم مِّنْ خَشْيَةِ رَبِّهِم مُّشْفِقُونَ ۝٥٧

৫৯। অমসুং অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা থাজরবা পাওজেলশিংনা মখোইগী মপুগী.

وَالَّذِينَ هُم بِآيَاتِ رَبِّهِمْ يُؤْمِنُونَ ۝٥٨

৬০। অমসুং মখোইনা থৈজন্দবা নশরুক য়ামিন্নবশিং মখোইগী মপুদা.

وَالَّذِينَ هُم بِرَبِّهِمْ لَا يُشْرِكُونَ ۝٥٩

৬১। অমসুং মখোইনা (দান) পী মখোইনা পীবা ওম্বগী মতুংইন্না অমসুং মখোইগী মথম্মোইশিংনা কিজে (শোয়নবা রাফন অমদা) মরমদি মখোই হনজনগনি মখোইগী মপুদা.

وَالَّذِينَ يُؤْتُونَ مَا آتَوا وَّقُلُوبُهُمْ وَجِلَةٌ أَنَّهُمْ إِلَىٰ رَبِّهِمْ رَاجِعُونَ ۝٦٠

৬২। মখোইসি থুনা ভৈই অফবা (থবক)শিং অমসুং মখোইসি মকোক থোংবশিংনি মদু (ভৌব) দা।

أُولَٰئِكَ يُسَارِعُونَ فِي الْخَيْرَاتِ وَهُمْ لَهَا سَابِقُونَ ۝٦١

৬৩। অদুগা ঐখোইনা থোনগৎপিদে নম্নো থরাই কনামতদা মহাকনা পুনা ওমলোইদবা. অমসুং ঐখোইগী ইনাক্তো লৈ কিতাব অমা মদুনা হায় অচুম্বভা অমসুং মখোইবু লান্না থক ভৌবিরোই.

وَلَا نُكَلِّفُ نَفْسًا إِلَّا وُسْعَهَا ۖ وَلَدَيْنَا كِتَابٌ يَنطِقُ بِالْحَقِّ ۚ وَهُمْ لَا يُظْلَمُونَ ۝٦٢

৬৪। নত্তে. মখোইগী মথম্মোইশিংনা করিস্ পররা ভৌনে (কিতাব) অসিবু অমসুং অসিদগী হেন্দোক্লা মখোইগী লৈ (অরানবা) থবকশিং মদু মখোইনা ভৌরি (লেপ্তনা)।

بَلْ قُلُوبُهُمْ فِي غَمْرَةٍ مِّنْ هَٰذَا وَلَهُمْ أَعْمَالٌ مِّن دُونِ ذَٰلِكَ هُمْ لَهَا عَامِلُونَ ۝٦٣

৬৫। অসি য়ৌবফাওবা. ঐখোইনা থাবিরবনা লক্লেবশিংবু মখোইগী মরক্তা রায়েল-চেরাক্তা লোয়নবা. য়েংউ! মখোইনা লাউই মতেং পাং-বিনবগীদমক.

حَتَّىٰ إِذَا أَخَذْنَا مُتْرَفِيهِم بِالْعَذَابِ إِذَا هُمْ يَجْأَرُونَ ۝٦٤

৬৬। (মখোইদা অসি হায়বিগনিঃ) "লাউগনু

لَا تَجْـَٔرُوا الْيَوْمَ ۖ إِنَّكُم مِّنَّا لَا تُنصَرُونَ ﴿٦٥﴾

তেংবাংনবগী ঙসি কোরৌ নোংজাদা, তশেংবমক নখোইবু তেংবাংবিরোই ঐখোইনা।

قَدْ كَانَتْ آيَاتِي تُتْلَىٰ عَلَيْكُمْ فَكُنتُمْ عَلَىٰ أَعْقَابِكُمْ تَنكِصُونَ ﴿٦٦﴾

৬৭। ''থাঙ্গৈশেংবমক, ঐগী পাওজেনশিং (কয়ারক) থীথদুনা তাহনবিখি নখোইবু, তৌইগুম্বসুং নখোই তুং হন্দোক্তুনা খঙচৎ-চৎখি,

مُسْتَكْبِرِينَ بِهِ سَامِرًا تَهْجُرُونَ ﴿٦٧﴾

৬৮। ''নাপল-লুথোংনদুনা, রারেম শুদুনা, ফাগি-জুগাই তৌদুনা (কুরআন) অদুগী মরমদা।''

أَفَلَمْ يَدَّبَّرُوا الْقَوْلَ أَمْ جَاءَهُم مَّا لَمْ يَأْتِ آبَاءَهُمُ الْأَوَّلِينَ ﴿٦٨﴾

৬৯। (লমফৈ-খোঙফম্নবশিং) মখোই রাখল ইতৌ-তৌদব্রা (অল্লাহগী) রাহৈদা নত্ত্রগা লাকখিদব্রা মখোইদা (কদৌনুংদসু) লাকখিদ্নবদু মখোইগী মমাংঙৈগী মপা-মপুশিংদা?

أَمْ لَمْ يَعْرِفُوا رَسُولَهُمْ فَهُمْ لَهُ مُنكِرُونَ ﴿٦٩﴾

৭০। নত্ত্রগা মখোইনা শক খঙদব্রা মখোইগী রসুলবু, অদুনা মখোইনা য়াদব্রা মহাকপু?

أَمْ يَقُولُونَ بِهِ جِنَّةٌ ۚ بَلْ جَاءَهُم بِالْحَقِّ وَأَكْثَرُهُمْ لِلْحَقِّ كَارِهُونَ ﴿٧٠﴾

৭১। নত্ত্রগা মখোইনা হায়ব্রা মহাক অঙাওবনি? নত্তে, মহাকননি পুরকখিবা মখোইদা অচুম্বদু অমসুং মখোই অয়াম্বনা পামদে অচুম্বদু।

وَلَوِ اتَّبَعَ الْحَقُّ أَهْوَاءَهُمْ لَفَسَدَتِ السَّمَاوَاتُ وَالْأَرْضُ وَمَن فِيهِنَّ ۚ بَلْ أَتَيْنَاهُم بِذِكْرِهِمْ فَهُمْ عَن ذِكْرِهِم مُّعْرِضُونَ ﴿٧١﴾

৭২। অদুগা অচুম্বদুনা করিগুম্বা ইল্লমলবদি মখোইগী (অতোনবা) অপাম্বশিং, আসমান অমসুং পৃথিবী অমসুং মখোইদুগী মনুংদা লৈরিবা পুম্নমক মাঙহল্লমগনি। নত্তে, ঐখোইনা পুবিরকখ্রে মখোইদা মখোইগী নীংশিঙহন্নবগী পোৎ অমা, তৌইগুম্বসুং মখোইবু নীংশঙহল্লিবা পোৎ অদুদগী মখোই মায় ওন্থোকই।

أَمْ تَسْأَلُهُمْ خَرْجًا فَخَرَاجُ رَبِّكَ خَيْرٌ ۖ وَهُوَ خَيْرُ الرَّازِقِينَ ﴿٧٢﴾

৭৩। নত্ত্রগা নংনা পীয়ু হায়ব্রা মখোইদগী মনা-মথিন খরা (নংনা ধর্ম্ম পাওতাকপগী)? তৌইগুম্বসুং নংগী মপুগী মনা-মথিন্না খ্বাইদগী হেন্না ফৈ; অমসুং মহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না চিঞ্জাক হুনবিহৈবনি।

وَإِنَّكَ لَتَدْعُوهُمْ إِلَىٰ صِرَاطٍ مُّسْتَقِيمٍ ﴿٧٣﴾

৭৪। অদুগা নংনা তশেংনমক কৌশল্লি মখোইবু অচুম্বা লম্বীদা।

وَإِنَّ الَّذِينَ لَا يُؤْمِنُونَ بِالْآخِرَةِ عَنِ الصِّرَاطِ

৭৫। অদুগা অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা

لَنٰكِبُوْنَ ﴿٧٤﴾

থাজদবা আখেরতবু, তশেংনমক হাইদাকখ্রে (অচুম্বা) লম্বীদগী।

وَلَوْ رَحِمْنٰهُمْ وَكَشَفْنَا مَا بِهِمْ مِّنْ ضُرٍّ لَّلَجُّوْا فِيْ طُغْيَانِهِمْ يَعْمَهُوْنَ ﴿٧٥﴾

৭৬। অদুগা ঐখোইনা করিগুম্বা নুংশি-বিরমলবদি মখোইবু অমসুং কোকহনবিরমলবদি মখোইবু মখোইগী অরা-অনং, মখোই অনম কল্লমগনি মখোইগী কা হেন্দোকপদা, মিত্তাংবগুম কোয়চৎ-চত্তুনা।

وَلَقَدْ اَخَذْنٰهُمْ بِالْعَذَابِ فَمَا اسْتَكَانُوْا لِرَبِّهِمْ وَمَا يَتَضَرَّعُوْنَ ﴿٧٦﴾

৭৭। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা ফাবিখি মখোইবু চৈরাক থাবিদুনা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা করিসু নোনজখিদে মখোইগী মপুদা নত্তগা তৌখিদে মখোইনা হায়জ-চৎচবসু (নোল্লুকপগা লোয়ননা)।

حَتّٰٓى اِذَا فَتَحْنَا عَلَيْهِمْ بَابًا ذَا عَذَابٍ شَدِيْدٍ اِذَا هُمْ فِيْهِ مُبْلِسُوْنَ ﴿٧٧﴾

৭৮। অসি য়ৌরফাওবা, ঐখোইনা হাং-দোকপিখ্রবা মতমদা থোং অমা মখোইদা অকনবা রায়েল-চৈরাক্কী, য়েংউ! মখোই আশা মাওখ্রে।

৫ শুবা রুকূ

وَهُوَ الَّذِيْٓ اَنْشَاَ لَكُمُ السَّمْعَ وَالْاَبْصَارَ وَالْاَفْـِٕدَةَ قَلِيْلًا مَّا تَشْكُرُوْنَ ﴿٧٨﴾

৭৯। অদুগা (অল্লাহ) মহাকননি শেম্বিখিবা নখোইগী (তানবগী) নকোংশিং অমসুং (উনবগী) মিৎশিং অমসুং (খঙনবগী) থম্মোইশিং; (তৌইগুম্বসুং) নখোইনা তৌনিমল খঙবদি রাৎলি।

وَهُوَ الَّذِيْ ذَرَاَكُمْ فِي الْاَرْضِ وَاِلَيْهِ تُحْشَرُوْنَ ﴿٧٩﴾

৮০। অদুগা মহাকননি মশিং য়ামহনবিখিবা নখোইবু মালেমদা অমসুং মহাক্কী মায়কৈদা নখোইবু (অমুকহন্না) খোমজিনবিগনি।

وَهُوَ الَّذِيْ يُحْيٖ وَيُمِيْتُ وَلَهُ اخْتِلَافُ الَّيْلِ وَالنَّهَارِ اَفَلَا تَعْقِلُوْنَ ﴿٨٠﴾

৮১। অদুগা মহাকননি হিংহল্লিবা অমসুং শিহল্লিবা, অমসুং মহাকননি ওন্ন-ওন্ননা থোকহল্লিবসু অহিং অমসুং নুংথিল। নখোইবু ইখঙ-খঙদ্রব্রা?

بَلْ قَالُوْا مِثْلَ مَا قَالَ الْاَوَّلُوْنَ ﴿٨١﴾

৮২। তৌইগুম্বসুং (অচুম্বা থাজদবশিং) মখোইনা হায় মথাই-থাইনগী মীশিংনা হায়খিবা অদুতা।

قَالُوْٓا ءَاِذَا مِتْنَا وَكُنَّا تُرَابًا وَّعِظَامًا ءَاِنَّا

৮৩। মখোইনা হায়ঃ "করি! ঐখোইনা শিখ্রবদা

অমসুং ওইরকখ্রবদা উফুল অমসুং শরূ (লুকং) শিং, (অদুগী মতমদা) ঐখোইবু অমুক হিংগৎ-হনবিগদৌরিব্রা ?

لَمَبْعُوثُونَ ﴿٨٢﴾

৮৪। "তশেংবমক রাশক তৌবিখ্রবনি ঐখোইদা অমসুং ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংদ(সু) মমাংঙৈদা। মসি করিসু নত্তে তৌইগুম্বসুং রারী শিংবুন্নি থাইনগী।"

لَقَدْ وُعِدْنَا نَحْنُ وَآبَاؤُنَا هَٰذَا مِنْ قَبْلُ إِنْ هَٰذَا إِلَّا أَسَاطِيرُ الْأَوَّلِينَ ﴿٨٣﴾

৮৫। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "কনানা মপু ওইরিবা পৃথিবী অমসুং মসিদা লৈরিবা-পুম্বগী, নখোইনা খঙলবদি ?"

قُلْ لِمَنِ الْأَرْضُ وَمَنْ فِيهَا إِنْ كُنْتُمْ تَعْلَمُونَ ﴿٨٤﴾

৮৬। "অল্লাহগীনি" মখোইনা হায়গনি। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "নখোই রাখল ইতৌ-তৌদ্রব্রা ?"

سَيَقُولُونَ لِلَّهِ ۚ قُلْ أَفَلَا تَذَكَّرُونَ ﴿٨٥﴾

৮৭। (অমুকসু) হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "কনানা মপু ওইরিবা আসমান তরেৎকী অমসুং অচৌবা শক্তিগী কোইরেল ফম্বালগী মপুনা (কনানো) ?"

قُلْ مَنْ رَبُّ السَّمَاوَاتِ السَّبْعِ وَرَبُّ الْعَرْشِ الْعَظِيمِ ﴿٨٦﴾

৮৮। মখোইনা পাওখুমগনি ঃ "অল্লাহগীনি।" হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "নখোই ধর্ম্ম লম্বীনরোই হায়ব্রা ?"

سَيَقُولُونَ لِلَّهِ ۚ قُلْ أَفَلَا تَتَّقُونَ ﴿٨٧﴾

৮৯। (অমুকহন্না) হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "কনাগী মখুত্তা শাসন পাইরিবগে (সংসারগী) পোৎ পুম্নমক্কী, অমসুং কনানা ঙাক-শেনবিবগে (পুম্নমকবু), তৌইগুম্বসুং মহাকপুদি ঙাক-শেনবিবা ইলৈ-লৈতে, (হায়য়ু) নখোইনা খঙলবদি ?"

قُلْ مَنْ بِيَدِهِ مَلَكُوتُ كُلِّ شَيْءٍ وَهُوَ يُجِيرُ وَلَا يُجَارُ عَلَيْهِ إِنْ كُنْتُمْ تَعْلَمُونَ ﴿٨٨﴾

৯০। মখোইনা হায়গনি ঃ "অল্লাহগীনি" (অসিগুম্বা শাসনদি)। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "অদু ওইরবদি, করম্না নমথাক তৌবিখিবগে নখোইবু ?"

سَيَقُولُونَ لِلَّهِ ۚ قُلْ فَأَنَّىٰ تُسْحَرُونَ ﴿٨٩﴾

৯১। তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা পুবিরকখ্রে মখোইদা অচুম্বদু অমসুং মখোই তশেংবমক মীনমজাও-বশিংনি।

بَلْ أَتَيْنَاهُمْ بِالْحَقِّ وَإِنَّهُمْ لَكَاذِبُونَ ﴿٩٠﴾

مَا اتَّخَذَ اللّٰهُ مِنْ وَّلَدٍ وَّمَا كَانَ مَعَهٗ مِنْ اِلٰهٍ اِذًا لَّذَهَبَ كُلُّ اِلٰهٍۭ بِمَا خَلَقَ وَلَعَلَا بَعْضُهُمْ عَلٰى بَعْضٍ ۭ سُبْحٰنَ اللّٰهِ عَمَّا يَصِفُوْنَ ۙ

৯২। অল্লাহনা লৌদে মচানিপা অমতা নত্তগা লৈতে চীঙু লাই কনামতা মহাক্কা লোয়নবা; করিগুম্বা অদুনা চুমলবদি, লাই খুদিংনা লৌখিরমগনি মানা-মানা শেম-শাখিবদু, অমসুং মখোই খরনা মকোক থোংলমগনি অতে অতোপ্পশিংগী। অশেংবনি অল্লাহদি মখোইনা থৈজিল্লিবা পুম্নমক অদুদগী (মঙোন্দা),

عٰلِمِ الْغَيْبِ وَالشَّهَادَةِ فَتَعٰلٰى عَمَّا يُشْرِكُوْنَ

৯৩। (মহাক্তি) অখঙবনি অরোনবা অমসুং অফোংবা (পুম্নমক)! থাক রাংনা লৈখ্রবনি মহাক্তি মখোইনা (শেরান-তুরান) থৈজিল্লিবা অদুদগী (মঙোন্দা)!

৬ শুবা রুকূ

قُلْ رَّبِّ اِمَّا تُرِيَنِّيْ مَا يُوْعَدُوْنَ ۙ

৯৪। হায়য়ু : "ঐগী মপুও! নহাকনা উহনবিরবদি ঐঙোন্দা (ঐগী পুন্সি খোঙফনদা) মখোইদা রাশক তৌবিখিবদু,

رَبِّ فَلَا تَجْعَلْنِيْ فِي الْقَوْمِ الظّٰلِمِيْنَ

৯৫। "ঐগী মপুও! (নহাকনা চৈরাক থাবিবা মতমদুদা) থম্বিগনু ঐবু লোয়ননা অরানবা লম্বীনবা মীশিংগা।"

وَاِنَّا عَلٰٓى اَنْ نُّرِيَكَ مَا نَعِدُهُمْ لَقٰدِرُوْنَ

৯৬। থাঙ্গশেংবনক ঐখোইনা ওন্মি উহনবা নংবু ঐখোইনা রাশকপিখিবদু মখোইদা।

اِدْفَعْ بِالَّتِيْ هِيَ اَحْسَنُ السَّيِّئَةَ ۭ نَحْنُ اَعْلَمُ بِمَا يَصِفُوْنَ

৯৭। তাংথাকও ফত্তববু অফবনা (নসি মায়োকরানি ফত্তবা চুমথোক্লবগী)। ঐখোইনা মুন্না খঙই মখোইনা হায়জিনবদু (নংগী নথক্তা)।

وَقُلْ رَّبِّ اَعُوْذُ بِكَ مِنْ هَمَزٰتِ الشَّيٰطِيْنِ ۙ

৯৮। অদুগা : "ঐগী মপুও! ঐনা নীজরি মতেং নংঙোন্দা ঙাকপিনবগী থৌ-ইনশনবশিংদগী নীরবশিংগী,

وَاَعُوْذُ بِكَ رَبِّ اَنْ يَّحْضُرُوْنِ

৯৯। "অমসুং ঐনা নীজরি মতেং নংঙোন্দগী, ঐগী মপুও! অদুনা মখোই লাক্তনবা ঐগী নাক্তা (ঐবু নথুম-মরাং হৌহনবগী)।"

حَتّٰٓى اِذَا جَاۗءَ اَحَدَهُمُ الْمَوْتُ قَالَ رَبِّ

১০০। (মীনম লাং থাকপশিং) মখোই (লৈগনি (থৌওই-রাওইদনা) অশিবা লাক্তরিবা ফাওবা

ارْجِعُونِ ۝

মখোইগী মরক্তা কনাগুম্বদা, অদুদা মহাকনা হায়গনি (হন্না-হন্না) ঃ "ঐগী মপুও! থাবিয়ু ঐবু অমুকহন্না (তাইবঙ পুন্সিদা),

لَعَلِّيْٓ اَعْمَلُ صَالِحًا فِيْمَا تَرَكْتُ كَلَّا ۭ اِنَّهَا كَلِمَةٌ هُوَ قَاۗىِٕلُهَا ۭ وَمِنْ وَّرَاۗىِٕهِمْ بَرْزَخٌ اِلٰى يَوْمِ يُبْعَثُوْنَ ۝

১০১। "অদুনা ঐনা তৌজনবা অফবা (খরদং সংসারগী চাংয়েং-পুংদা) মদু ঐনা থাদোকলমখ্রে (অফবা ইত্তৌ তৌদনা)।" কদৌঙেদসু য়াররোই! মসি মহাকনা অসুম ঙাঙবা শাবনি (মরাল ঙাকপিনবগী)। অদুগা (য়েংউ!) মখোইগী মতুংদা লৈরে পর্থিং অমা শিবদগী অমুক হিংগৎ-হনবিগদবা নুমিৎ ফাওবা।

فَاِذَا نُفِخَ فِي الصُّوْرِ فَلَآ اَنْسَابَ بَيْنَهُمْ يَوْمَىِٕذٍ وَّلَا يَتَسَاۗءَلُوْنَ ۝

১০২। মরমদুনা পেরে শিঙ্গা খোংলকপদা (অমসুং অশিবশিং অমুক হিংগৎহল্লবদা), করিসু লৈররোই (সংসারগী) মরী-মতা থোক্লবগী মরম মখোইগী মরক্তা কোরৌ নুমিৎ অদুদা নত্তগা মখোই অমনা অমদা হং-থিবসু তৌররোই (মখোই মশেল তেংবাংনবগী)।

فَمَنْ ثَقُلَتْ مَوَازِيْنُهٗ فَاُولٰۗىِٕكَ هُمُ الْمُفْلِحُوْنَ ۝

১০৩। মরমদুনা (অফবা থবক্কী) পালা লুম্বশিংদো, মখোইনি মমায় পাকপা ফংজ-গদৌরিবা।

وَمَنْ خَفَّتْ مَوَازِيْنُهٗ فَاُولٰۗىِٕكَ الَّذِيْنَ خَسِرُوْٓا اَنْفُسَهُمْ فِيْ جَهَنَّمَ خٰلِدُوْنَ ۝

১০৪। অদুগা (অফবা থবক্কী) পালা য়াংবশিংদো, মখোইসিনি মথৱাইশিংবু অমাঙবা খোঙফম্ন-হনখিবা; যম লৈবাক্তা লৈরগনি মখোই (অৱাবা কোঙ্গায় ঈরাক্লদুনা)।

تَلْفَحُ وُجُوْهَهُمُ النَّارُ وَهُمْ فِيْهَا كٰلِحُوْنَ ۝

১০৫। খাম্বি মৈত্রেং (অৱাব)না চাকথেক্কনি মখোইগী চেংলৌ মমায়শিংদু (মৈতাল তাবা ফাওবা) অমসুং মখোই ময়া হিগৎকনি (অকিবা চন্দুনা) মদুগী মনুংদা।

اَلَمْ تَكُنْ اٰيٰتِيْ تُتْلٰى عَلَيْكُمْ فَكُنْتُمْ بِهَا تُكَذِّبُوْنَ ۝

১০৬। (মতমদুদা মখোইদা অসি হায়বিগনি ঃ) "নখোইদা তাহনখিদৱা (হিংনবগী মঙাল পীবা) ঐগী পাওজেনশিং, তৌইগুম্বসুং নখোইনা (তাবমখৈ তারগা) মীনম্বা তাহনখিদৱা মখোইবু ?"

قَالُوْا رَبَّنَا غَلَبَتْ عَلَيْنَا شِقْوَتُنَا وَكُنَّا قَوْمًا ضَآلِّيْنَ ۝١٠٧

১০৭। মখোইনা হায়গনিঃ "ঐখোইগী মপুও! ঐখোইগী ফত্তবা (অমসুং পুকনিং ঈরৈ চনব)না ল্যাকহৎপিখি ঐখোইবু অমসুং ঐখোই ওইখি লম্মুক্কবা মীশিং।

رَبَّنَآ اَخْرِجْنَا مِنْهَا فَاِنْ عُدْنَا فَاِنَّا ظٰلِمُوْنَ ۝١٠٨

১০৮। "ঐখোইগী মপুও! পুথোকপিয়ু ঐখোইবু মফম অসিদগী; অদুগী তুংদা ঐখোইনা হনজিল্লবদি হায়বা ইন্দবদা, ঐখোই থাঙ্গৈমক-শেংনা ওইগনি অরানবা লম্বীনবশিং।"

قَالَ اخْسَـُٔوْا فِيْهَا وَلَا تُكَلِّمُوْنِ ۝١٠٩

১০৯। অল্লাহনা হায়বিগনিঃ চৎখ্রো চো মদুগী মনুংদা অমসুং রা ঙাঙগনু ঐঙোন্দা (নরাল ঙাকপিনবগী)।

اِنَّهٗ كَانَ فَرِيْقٌ مِّنْ عِبَادِيْ يَقُوْلُوْنَ رَبَّنَآ اٰمَنَّا فَاغْفِرْ لَنَا وَارْحَمْنَا وَاَنْتَ خَيْرُ الرّٰحِمِيْنَ ۝١١٠

১১০। "(য়েংউ!) তশেংবমক কাঙলুপ অমা লৈরম্মী ঐগী ইনাইশিংগী মরক্তগী মখোইনা হায়জখিঃ "ঐখোইগী মপুও! ঐখোইনা থাজরে, মরমদুনা কোকপিয়ু ঐখোইবু (ইপাপশিং) অমসুং থৌজালবিয়ু ঐখোইবু; অমসুং নহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না ফবনি ঙাকপিহৈবশিংগী;

فَاتَّخَذْتُمُوْهُمْ سِخْرِيًّا حَتّٰٓى اَنْسَوْكُمْ ذِكْرِيْ وَكُنْتُمْ مِّنْهُمْ تَضْحَكُوْنَ ۝١١١

১১১। "তৌইগুম্বসুং নখোইনা লৌখি মখোইবু নোক্নফম ওইনা, অসি য়োবফাওবা (নোক্নবা) পুম্নমকসিনা অকাওবা শরুক্নহনবিখি নখোইবু ঐগী নীংশিঙবা, অমসুং নখোইনা অসুম লেপ্তনা নোক্নখি মখোইবু।

اِنِّيْ جَزَيْتُهُمُ الْيَوْمَ بِمَا صَبَرُوْٓا اَنَّهُمْ هُمُ الْفَآئِزُوْنَ ۝١١٢

১১২। "তশেংবমক ঐনা পীবিরে মনা-মথিন মখোইবু ঙসি নুমিত্তা মখোইনা অখাং কল্লম্বগী; থাঙ্গৈমকশেংনা মখোই অনীংবা থুংলবশিংনি।"

قٰلَ كَمْ لَبِثْتُمْ فِي الْاَرْضِ عَدَدَ سِنِيْنَ ۝١١٣

১১৩। অল্লাহনা হায়বিগনিঃ "নখোই চহি মশিং কয়া লৈরম্বগে পৃথিবীদা?"

قَالُوْا لَبِثْنَا يَوْمًا اَوْ بَعْضَ يَوْمٍ فَسْـَٔلِ الْعَآدِّيْنَ ۝١١٤

১১৪। মখোইনা পাওখুমগনিঃ "ঐখোই লৈরম্মী নুমিৎ অমা নত্ত্রগা নুমিৎ অমা ফাবাক্তনা, তৌইগুম্বসুং হংবিয়ু নুমিৎ মশিং থিবগী থবক তৌবশিংদা।"

قٰلَ اِنْ لَّبِثْتُمْ اِلَّا قَلِيْلًا لَّوْ اَنَّكُمْ كُنْتُمْ تَعْلَمُوْنَ ﴿١١٥﴾

১১৫। অল্লাহনা হায়রিগনিঃ "নখোই নুমিৎ খরতা লৈরম্মী, নখোইনা খঙলমলবদি !"

اَفَحَسِبْتُمْ اَنَّمَا خَلَقْنٰكُمْ عَبَثًا وَّ اَنَّكُمْ اِلَيْنَا لَا تُرْجَعُوْنَ ﴿١١٦﴾

১১৬। নখোইনা খনব্রা ঐখোইনা শেম-শাবিখি নখোইবু অতম্নবা মরম ইলৈ-লৈতনা, অমসুং নখোই অমুক হল্লকলরোই ঐখোইগী নাক্তা ?

فَتَعٰلَى اللّٰهُ الْمَلِكُ الْحَقُّ ۚ لَآ اِلٰهَ اِلَّا هُوَ ۚ رَبُّ الْعَرْشِ الْكَرِيْمِ ﴿١١٧﴾

১১৭। অল্লাহদি মতিক মঙালচাওবা অচুম্বা নিংথৌরেন্নি। চীঙু লাই কনাসু লৈতে মহাক নত্তবা, (মহাক্তি) মপুনি ঈকাইখুম্নম্ব্রবা কোইরেল ফম্বালগী।

وَمَنْ يَّدْعُ مَعَ اللّٰهِ اِلٰهًا اٰخَرَ ۙ لَا بُرْهَانَ لَهٗ بِهٖ ۙ فَاِنَّمَا حِسَابُهٗ عِنْدَ رَبِّهٖ ۗ اِنَّهٗ لَا يُفْلِحُ الْكٰفِرُوْنَ ﴿١١٨﴾

১১৮। অদুগা কনাগুম্বনা কৌক্তে অতোপ্পা খোয়ম লাই অমবু লোয়ননা অল্লাহগা, মদু তৌবা য়াবগী মহাক্কী দলিল করিসু লৈতে, মহাক শোয়দনমক হিসাব পীবা তাই মহাক্কী মপুদা। তশেংবমক লমফৈ-খোঙফম্নবশিং কদৌনুংদসু মমায় পাকলোই।

وَقُلْ رَّبِّ اغْفِرْ وَارْحَمْ وَاَنْتَ خَيْرُ الرّٰحِمِيْنَ ﴿١١٩﴾

১১৯। অদুগা হায়য়ু: "ঐগী মপুও! কোকপিয়ু (ঐগী ইপাপশিং) অমসুং থৌজালবিয়ু ঐবু (ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা), অমসুং নহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না ফবনি ঙাকপিহৈব-শিংগী

سُوْرَةُ النُّوْرِ مَدَنِيَّةٌ

অল-নূর সূরহ ২৪

হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ৬৫ নি

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝١

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

سُوْرَةٌ اَنْزَلْنٰهَا وَفَرَضْنٰهَا وَاَنْزَلْنَا فِيْهَاۤ اٰيٰتٍۢ بَيِّنٰتٍ لَّعَلَّكُمْ تَذَكَّرُوْنَ ۝٢

২। মসি সূরহ অমনি ঐখোইনা থাবিখিবা অমসুং মসি (দা তাকথোকলিবা রায়েল-য়াথংশিং) ঐখোইনা ফরজ ওইহনবিখ্রে; অমসুং ঐখোইনা ফোংদোকপিখ্রে তশেংবা পাওজেনশিং মদুগী মনুংদা, অদুনা নখোইনা নীংশিঙদুনা লৈনবা

اَلزَّانِيَةُ وَالزَّانِيْ فَاجْلِدُوْا كُلَّ وَاحِدٍ مِّنْهُمَا مِائَةَ جَلْدَةٍ ۪ وَّلَا تَاْخُذْكُمْ بِهِمَا رَاْفَةٌ فِيْ دِيْنِ اللّٰهِ اِنْ كُنْتُمْ تُؤْمِنُوْنَ بِاللّٰهِ وَالْيَوْمِ الْاٰخِرِ ۚ وَلْيَشْهَدْ عَذَابَهُمَا طَآئِفَةٌ مِّنَ الْمُؤْمِنِيْنَ ۝٣

৩। ওক্তবা নিপা অমসুং ওক্তবী নুপী (লান্নবগী প্রমাণ ফংলবদি) ফু মখোই খুদিং চৈ চামা। তৌইগুম্বসুং (ফত্তবা থবক তৌবা) মখোইবু নুংশিবা ঈপোম্নদুনা খাম্বা অমদি থিংবা তৌগনু অল্লাহগী হুকুম পাংথোকপদা, নখোইনা (চপচানা) থাজরবদি অল্লাহবু অমসুং অরোয়বা নুমিৎপু; অমসুং অচুম্বা থাজবশিংগী খুৎপু অমা সাক্ষী ওইহল্লু মখোইগী চৈরাক পীবা মতমদা।

اَلزَّانِيْ لَا يَنْكِحُ اِلَّا زَانِيَةً اَوْ مُشْرِكَةً ۫ وَّالزَّانِيَةُ لَا يَنْكِحُهَاۤ اِلَّا زَانٍ اَوْ مُشْرِكٌ ۚ وَحُرِّمَ ذٰلِكَ عَلَى الْمُؤْمِنِيْنَ ۝٤

৪। ওক্তবা নিপানা নিকাহ তৌরোই (নুপী) কনামতা ওক্তবা নুপী নত্ত্রগা মূর্তি ঈরাৎপী নুপী নত্তনা অমসুং ওক্তবা নুপীসু নিকাহ তৌরোই (নিপা) কনামতা ওক্তবা নিপা নত্ত্রগা মূর্তি ঈরাৎপা নিপা নত্তনা; অদুগা হরামনি মসি (-লুহোংদদুনা নিপা নুপী পাদোংনবা) অচুম্বা থাজবশিংদা।

وَالَّذِيْنَ يَرْمُوْنَ الْمُحْصَنٰتِ ثُمَّ لَمْ يَاْتُوْا بِاَرْبَعَةِ شُهَدَآءَ فَاجْلِدُوْهُمْ ثَمٰنِيْنَ جَلْدَةً وَّلَا تَقْبَلُوْا لَهُمْ شَهَادَةً اَبَدًا ۚ وَاُولٰٓئِكَ هُمُ الْفٰسِقُوْنَ ۝٥

৫। অদুগা অশেংবা নুপীশিংবু (নিপা লান্নে হায়না) পাওশনবা মখোইদুনা পুখোরক্তবদি সাক্ষী মরি, ফু চৈ মরিফু (মীবু মিংচৎ থীহনবগী ব্বারকপা ওইনা), অমসুং কদৌনুংদসু য়াগনু মখোইগী সাক্ষী (মদুগী মতুংদা), অমসুং মখোইসি লমকেং-লমহাইবশিংনি,

৬। নত্তনা নুংনাংবা ফোংদোকচবা মদুগী মতুংদা অমসুং মরমচৎ চুমথোকচবা মখোইদু ; তশেংবমক অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

إِلَّا الَّذِينَ تَابُوا مِنْ بَعْدِ ذَٰلِكَ وَأَصْلَحُوا فَإِنَّ اللَّهَ غَفُورٌ رَحِيمٌ ٥

৭। অদুগা অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা পাওশনবা মখোইগী মতালোইশিংবু (নিপা লান্নৈ হায়না), অমসুং মখোই মশা নত্তনা (উহৌ খঙহৌবা) সাক্ষী কনামতা লৈতরবদি—মখোই (মপুরোইবা) অমনা সাক্ষী পীসনু অল্লাহগী কসম মরিরক হন্না তৌরগা মদুদি মহাকনা (মরাল শীবদু) তশেংবমক অচুম্বনি.

وَالَّذِينَ يَرْمُونَ أَزْوَاجَهُمْ وَلَمْ يَكُنْ لَهُمْ شُهَدَاءُ إِلَّا أَنْفُسُهُمْ فَشَهَادَةُ أَحَدِهِمْ أَرْبَعُ شَهَادَاتٍ بِاللَّهِ إِنَّهُ لَمِنَ الصَّادِقِينَ ٦

৮। অমসুং মঙাশুবা (কসমদা, মহাক অসি হায়সনু ঃ) অল্লাহগী সিরাপ (থারকপা) ওইসনু মহাক্কী মথক্তা মহাকনা ওইরবদি লৌশিং মীনম লাংথাকপা (মতালোইবু ঈকাই খুথী লাংদা থুহন্নীংদুনা)।

وَالْخَامِسَةُ أَنَّ لَعْنَتَ اللَّهِ عَلَيْهِ إِنْ كَانَ مِنَ الْكَاذِبِينَ ٧

৯। তৌইগুম্বসুং রায়েল-চৈরাকদু ঙাকথোকপা য়াগনি (নুপী) মঙোন্দগী, মহাকনা সাক্ষী পীরবদি অল্লাহগী কসম মরিরক হন্না তৌরগা মদুদি (মপুরোইবা) মহাক(না মরাল শীজল্লিবদু) তশেংবমক মীনম্বনি,

وَيَدْرَأُ عَنْهَا الْعَذَابَ أَنْ تَشْهَدَ أَرْبَعَ شَهَادَاتٍ بِاللَّهِ إِنَّهُ لَمِنَ الْكَاذِبِينَ ٨

১০। অমসুং মঙাশুবা (কসমদা মহাক অসি হায়সনু ঃ) অল্লাহগী সিরাপ (থারকপা) ওইসনু মহাক্কী মথক্তা (মপুরোইবা) মহাকনা অচুম্বা হায়রবদি।

وَالْخَامِسَةَ أَنَّ غَضَبَ اللَّهِ عَلَيْهَا إِنْ كَانَ مِنَ الصَّادِقِينَ ٩

১১। অদুগা অল্লাহগী থৌজাল অমসুং ঙাকপিবা নংলমদ্রবদি নখোইগী নথক্তা (নখোই লাংথুনরমগনি অরাবদা), তৌইগুম্বসুং অল্লাহদি হন্না-হন্না চানবিহৈবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَلَوْلَا فَضْلُ اللَّهِ عَلَيْكُمْ وَرَحْمَتُهُ وَأَنَّ اللَّهَ تَوَّابٌ حَكِيمٌ ١٠ ع

২ শুবা রুকূ

১২। তশেংবমক, মীনম পাওরাল পুথোকখিবশিংদো খুৎপু অমনি নখোইগী মরক্তগী। খনগনু (রাথোক) অদু ফত্তবা ওইনা নখোইগী

إِنَّ الَّذِينَ جَاءُوا بِالْإِفْكِ عُصْبَةٌ مِنْكُمْ لَا تَحْسَبُوهُ

شَرًّا لَّكُمْ بَلْ هُوَ خَيْرٌ لَّكُمْ لِكُلِّ امْرِئٍ مِّنْهُم مَّا اكْتَسَبَ مِنَ الْإِثْمِ وَالَّذِي تَوَلَّىٰ كِبْرَهُ مِنْهُمْ لَهُ عَذَابٌ عَظِيمٌ ﴿١١﴾

হকদা; নত্তে, মদু অফবনি নখোইগীদমক্তা। মখোইগী (খুৎপুগী) মী খুদিং ফংগনি (চাকথুং) মানা-মানা তৌখিবা পাপকী; অমসুং মখোইগী মরক্তা (নাকোং ৱাপৈ হায়বদা) মচীন তোংখিবা মহাক ফংগনি অচৌবা ৱায়েল-চৈরাক।

لَوْلَا إِذْ سَمِعْتُمُوهُ ظَنَّ الْمُؤْمِنُونَ وَالْمُؤْمِنَاتُ بِأَنفُسِهِمْ خَيْرًا وَقَالُوا هَٰذَا إِفْكٌ مُّبِينٌ ﴿١٢﴾

১৩। করি মরমগী অচুম্বা থাজবা নিপাশিং অমসুং অচুম্বা থাজবা নুপীশিং নখোইনা মদু (চীন্থাং) তারকপদা থনখিদবগে অফবা মখোইগী মীশিংগী মরমদা অমসুং হায়খিদবগেঃ "মসি তশেংবা মীনম্বনি।"

لَّوْلَا جَاءُوا عَلَيْهِ بِأَرْبَعَةِ شُهَدَاءَ فَإِذْ لَمْ يَأْتُوا بِالشُّهَدَاءِ فَأُولَٰئِكَ عِندَ اللَّهِ هُمُ الْكَاذِبُونَ ﴿١٣﴾

১৪। করি মরমগী মখোইনা পুথোকখিদবগে সাক্ষী মরি ৱাথোক অদুগী অচুম-অরান খঙদোক্নবগী? মখোইনা পুথোকখিদবনা (দরকার ওইবা) সাক্ষীশিং (মখোইগী চার্জ অসি য়ুমফম লৈতে, মরমদুনা) মখোই তশেংনা লৌশিং মীনম লাংথাকপশিংনি অল্লাহগী মিৎয়েংদা।

وَلَوْلَا فَضْلُ اللَّهِ عَلَيْكُمْ وَرَحْمَتُهُ فِي الدُّنْيَا وَالْآخِرَةِ لَمَسَّكُمْ فِي مَا أَفَضْتُمْ فِيهِ عَذَابٌ عَظِيمٌ ﴿١٤﴾

১৫। অদুগা অল্লাহগী থৌজাল অমসুং ঙাকপিবা নৎলমদ্রবদি নখোইগী নথক্তা, হন্দক্কী মপোক্তা অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদা, অচৌবা ৱায়েল-চৈরাক থোকলমগনি নখোইদা, মরমদি মীগী মিংচৎ থীহন্নবগী নখোইনা চুমদনা পাওশন্নবগী।

إِذْ تَلَقَّوْنَهُ بِأَلْسِنَتِكُمْ وَتَقُولُونَ بِأَفْوَاهِكُم مَّا لَيْسَ لَكُم بِهِ عِلْمٌ وَتَحْسَبُونَهُ هَيِّنًا وَهُوَ عِندَ اللَّهِ عَظِيمٌ ﴿١٥﴾

১৬। য়েংউ! নখোইনা (হরাওনা) লৌথি (শেরান্নবা পাওতম্বা অদুবু নরৈতোনশিংনা অমসুং ঙাঙ-শকখি নচীনশিংনা নখোইনা করিসু খঙদবদা, অমসুং নখোইনা খনখি মদু করিসু লৈতবগুম, তৌইগুম্বসুং অল্লাহগী মিৎয়েংদদি মদু অচৌবা (ৱা)নি।

وَلَوْلَا إِذْ سَمِعْتُمُوهُ قُلْتُم مَّا يَكُونُ لَنَا أَن نَّتَكَلَّمَ بِهَٰذَا سُبْحَانَكَ هَٰذَا بُهْتَانٌ عَظِيمٌ ﴿١٦﴾

১৭। অদুগা করিগীনো নখোইনা হায়খিদবা, নখোইনা তাখ্রবদা মদুঃ "ঐখোই চুমদে ঙাঙ্ন-শানবা মদুগী মরমদা। (হো অল্লাহ!) অশেংবনি নহাক্তি! মসি অচৌবা কল্লক-মীহুনবা ৱানি।"

১৮। অল্লাহনা ৱারকপিরি নখোইবু অমুকহন্না তৌদনবা অসিগুম্বা (তুক্কচনিঙঙাই ওইবা থবক), নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা থাজবশিং :

يَعِظُكُمُ اللّٰهُ اَنْ تَعُوْدُوْا لِمِثْلِهٖٓ اَبَدًا اِنْ كُنْتُمْ مُّؤْمِنِيْنَ ﴿١٨﴾

১৯। অমসুং অল্লাহনা শন্দোক্না তাকপি নখোইদা (মহাক্কী) পাওজেনশিং (নখোইনা খঙবা ঙম্নবগী)। অদুগা অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَيُبَيِّنُ اللّٰهُ لَكُمُ الْاٰيٰتِ ۭ وَاللّٰهُ عَلِيْمٌ حَكِيْمٌ ﴿١٩﴾

২০। তশেংবমক অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইদুনা পাম্বা ঈকাই খঙদবা থবক (কী খবর) শন্দোকপা মরক্তা অচুম্বা থাজবশিংগী, ফংগনি অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাক হন্দক্কী মপোক্তা অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদ(সু) অদুগা অল্লাহদি অখঙবনি অমসুং নখোইদি (করিসু) খঙদবনি।

اِنَّ الَّذِيْنَ يُحِبُّوْنَ اَنْ تَشِيْعَ الْفَاحِشَةُ فِي الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا لَهُمْ عَذَابٌ اَلِيْمٌ ۙ فِي الدُّنْيَا وَالْاٰخِرَةِ ۭ وَاللّٰهُ يَعْلَمُ وَاَنْتُمْ لَا تَعْلَمُوْنَ ﴿٢٠﴾

২১। অদুগা অল্লাহগী থৌজাল অমসুং ঙাকপিবা নৎলমদ্রবদি নখোইগী নথক্তা (নখোই মীওইবা সমাজসে অমাঙবদা ঈৱাক্লরমগনি), তৌইগুম্বসুং অল্লাহদি মীনুংশি চাওবনি, নুংশিহৈবনি।

وَلَوْلَا فَضْلُ اللّٰهِ عَلَيْكُمْ وَرَحْمَتُهٗ وَاَنَّ اللّٰهَ رَءُوْفٌ رَّحِيْمٌ ﴿٢١﴾

৩ শুবা রুকূ

২২। হে অচুম্বা থাজবশিং! তুং ইনগনু শৈতানগী খোঙ্গুল, অমসুং কনাগুম্বনা তুং ইল্লবদি শৈতানগী খোঙ্গুল (মহাক্না খঙগদবনি মদুদি) মহাকনা তশেংবমক য়াথংনবি ঈকাই-খঙদবা অমসুং ফত্তবা (শাজৎ চৎনবগী)। তৌইগুম্বসুং অল্লাহগী থৌজাল অমসুং ঙাকপিবা নৎলমদ্রবদি নখোইগী নথক্তা, নখোই কদৌনুংদসু ওইরম্মোই অশেংবা; অদুম ওইনমক অল্লাহনা শেংদোকপি মহাকনা চানবিবা (অফবা লম্বীনব)বু। অদুগা অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا لَا تَتَّبِعُوْا خُطُوٰتِ الشَّيْطٰنِ ۭ وَمَنْ يَّتَّبِعْ خُطُوٰتِ الشَّيْطٰنِ فَاِنَّهٗ يَاْمُرُ بِالْفَحْشَاۗءِ وَالْمُنْكَرِ ۭ وَلَوْلَا فَضْلُ اللّٰهِ عَلَيْكُمْ وَرَحْمَتُهٗ مَا زَكٰي مِنْكُمْ مِّنْ اَحَدٍ اَبَدًا ۙ وَّلٰكِنَّ اللّٰهَ يُزَكِّيْ مَنْ يَّشَاۗءُ ۭ وَاللّٰهُ سَمِيْعٌ عَلِيْمٌ ﴿٢٢﴾

২৩। অদুগা নখোইগী মরক্তা অচৌবা গুণ লৈবা অমসুং মরাংকায়বা মীওইশিং মখোইনা ৱাশক তৌদসনু (খরচ) করিসু পীরোই হায়না মরী-মতা থোকপশিংদা অমসুং অৱা-অনংবশিংদা অমসুং

وَلَا يَاْتَلِ اُولُوا الْفَضْلِ مِنْكُمْ وَالسَّعَةِ اَنْ يُّؤْتُوْٓا اُولِي الْقُرْبٰى وَالْمَسٰكِيْنَ وَالْمُهٰجِرِيْنَ فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ ۠

وَلْيَعْفُوا وَلْيَصْفَحُوا أَلَا تُحِبُّونَ أَن يَغْفِرَ اللَّهُ لَكُمْ وَاللَّهُ غَفُورٌ رَّحِيمٌ

ময়ুম-মকৈ হোংখ্রবশিংদা অল্লাহগী লম্বীদা। ঙাকপিয়ু মখোইবু অমসুং থৌশা-রাশাগনু (মখোইগী মরালদা)। নখোই পামদব্রা অল্লাহনা কোকপিবসি নখোইবু ? অদুগা অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

إِنَّ الَّذِينَ يَرْمُونَ الْمُحْصَنَاتِ الْغَافِلَاتِ الْمُؤْمِنَاتِ لُعِنُوا فِي الدُّنْيَا وَالْآخِرَةِ وَلَهُمْ عَذَابٌ عَظِيمٌ

২৪। তশেংবমক বদনাম শন্দোকপশিংদু ধর্ম্ম কায়দবী, থৌওই-ব্রাওইদবী, অচুম্বা থাজবা নুপীশিংবু—সিরাপ তৌবিখ্রবনি হন্দক্কী মপোক্তা অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদ"(সু)। অদুগা মখোইগীদমক্তি অচৌবা রায়েল-চৈরাকনি।

يَوْمَ تَشْهَدُ عَلَيْهِمْ أَلْسِنَتُهُمْ وَأَيْدِيهِمْ وَأَرْجُلُهُم بِمَا كَانُوا يَعْمَلُونَ

২৫। (হিসাব লৌবিগদবা) কোরৌ নুমিৎ অদুদা মখোইগী মরৈতোনশিং অমসুং মখুৎশিং অমসুং মখোঙশিংনা সাক্ষী পীগনি মখোইগী মায়োক্তা মখোইনা মশিঞ্জাং ওইনা তৌরম্বগী।

يَوْمَئِذٍ يُوَفِّيهِمُ اللَّهُ دِينَهُمُ الْحَقَّ وَيَعْلَمُونَ أَنَّ اللَّهَ هُوَ الْحَقُّ الْمُبِينُ

২৬। কোরৌ নুমিৎ অদুদা অল্লাহনা পীগনি মখোইবু মখোইগী ফংফম থোকপা পুম্নমক অমসুং মখোইনা খঙগনি অল্লাহদি তশেংনা অচুম্বনি।

الْخَبِيثَاتُ لِلْخَبِيثِينَ وَالْخَبِيثُونَ لِلْخَبِيثَاتِ وَالطَّيِّبَاتُ لِلطَّيِّبِينَ وَالطَّيِّبُونَ لِلطَّيِّبَاتِ أُولَٰئِكَ مُبَرَّءُونَ مِمَّا يَقُولُونَ لَهُم مَّغْفِرَةٌ وَرِزْقٌ كَرِيمٌ

২৭। শেংদবা নুপীশিং শেংদবা নিপাশিংগীনি অমসুং শেংদবা নিপাশিং শেংদবা নুপীশিংগনি; অদুগা (অসুম্না) অশেংবা নুপীশিং অশেংবা নিপাশিংগীনি অমসুং অশেংবা নিপাশিং অশেংবা নুপীশিংগনি; মখোইসি মরাল লৈতবনি (মী হুনবশিং) মখোইনা হায়জিল্লিবা অদুদগী। মখোই শরুক্লগনি ঙাকপিবা অমসুং ঈকাইখুম্নবগী চিঞ্জাক।

৪ শুবা রুকূ

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا لَا تَدْخُلُوا بُيُوتًا غَيْرَ بُيُوتِكُمْ حَتَّىٰ تَسْتَأْنِسُوا وَتُسَلِّمُوا عَلَىٰ أَهْلِهَا ذَٰلِكُمْ خَيْرٌ لَّكُمْ لَعَلَّكُمْ تَذَكَّرُونَ

২৮। হে অচুম্বা থাজবশিং ! চঙগনু নশাগী য়ুমদা নত্তনা অতোপ্পা (মীশিং) গী য়ুমশিংদা হুকুম লৌদনা অমসুং সলাম তৌদনা য়ুম অদুগী মীশিংদা। মসি হেন্না অফবনি নখোইগীদমক্তা, অদুনা নখোইনা নীংশিঙদুনা লৈনবা (ফজবা হৌনলীচং অসি )।

২৯। অদুগা নখোইনা ফংদরবদি মী কনামতা মদুগী মনুংদা, চঙগনু মদুদা অয়াবা পীদরিবা ফাওবা নখোইদা। অদুগা করিগুম্বা হায়রকলবদি নখোইদা "হনখ্রো," মতমদুদা হন্দোরকও ; মদুনা অশেংবা ওইগনি নখোইগীদমক্তা। অদুগা অল্লাহনা খঙই নখোইনা তৌরিবা-পুম্বা।

فَإِن لَّمْ تَجِدُوا فِيهَا أَحَدًا فَلَا تَدْخُلُوهَا حَتَّىٰ يُؤْذَنَ
لَكُمْ ۖ وَإِن قِيلَ لَكُمُ ارْجِعُوا فَارْجِعُوا ۖ هُوَ أَزْكَىٰ لَكُمْ ۚ
وَاللَّهُ بِمَا تَعْمَلُونَ عَلِيمٌ ﴿٢٨﴾

৩০। পাপ করিসু লৈতে নখোইনা চঙলুবদা মী কনামতা লৈতবা য়ুমশিংদা (-মীথুং শংগুম্বা)মদুগী মনুংদা নখোইগী পোৎচৈশিং (থরম্বা) লৈরবদি। অদুগা অল্লাহনা খঙই-নখোইনা ফোংদোকপসু অমসুং লোৎশিনবসু।

لَّيْسَ عَلَيْكُمْ جُنَاحٌ أَن تَدْخُلُوا بُيُوتًا غَيْرَ مَسْكُونَةٍ
فِيهَا مَتَاعٌ لَّكُمْ ۚ وَاللَّهُ يَعْلَمُ مَا تُبْدُونَ وَمَا تَكْتُمُونَ ﴿٢٩﴾

৩১। (হায়য়ু অচুম্বা থাজবা নিপাশিংদা নুপী অঙাং উনবা মতমদা) চেংলৌ মমিৎশিং ফাজল্লু অমসুং ইন্দ্রিগী অরাম্বা খাংঙু। (য়াথং) অসিনা শেংবা হেনগনি মখোইগীদমক। তশেংবমক অল্লাহদি ইখঙ-খঙবনি মখোইনা তৌরিবা-পুম্বা।

قُل لِّلْمُؤْمِنِينَ يَغُضُّوا مِنْ أَبْصَارِهِمْ وَيَحْفَظُوا فُرُوجَهُمْ ۚ
ذَٰلِكَ أَزْكَىٰ لَهُمْ ۗ إِنَّ اللَّهَ خَبِيرٌ بِمَا يَصْنَعُونَ ﴿٣٠﴾

৩২। অদুগা হায়য়ু অচুম্বা থাজবা নুপীশিংদা (মীরাল নিপাশিং উনবদা) চেংলৌ মমিৎশিং ফাজল্লু অমসুং ইন্দ্রিগী অরাম্বা খাংঙু, অমসুং উথোক্কনু মখোইগী লৈতেংশিং (অমদি তাংথক্করিবা হকচাংগী ফজবা) নত্তনা তরং-তরংনা হাংদোকপা য়াবা (হকচাংগী) মফম (মায় অমসুং মিৎশিং). অদুনা মখোইনা চিংখজসনু মখোইগী কোকখুম-ফিশিং য়ৌনা মথবাকশিং, অমসুং মখোই উথোক্তসনু মখোই (মশা) গী ফজবদু (মী অতোপ্পদা) নত্তনা মখোইগী মপুরোইবশিংদা নত্রগা মখোইগী পথৌশিংদা নত্রগা মপুরোইবশিংগী অপোকপশিংদা নত্রগা মচা নিপাশিংদা নত্রগা মপুরোইবনা পোকপা মচা নিপাশিংদা নত্রগা মখোইগী মচিন মনাও (পোকমিন্নব) শিংদা নত্রগা মখোইগী মচিন মনাওশিংগী মচা নিপাশিংদা নত্রগা মখোইগী ([illegible]কমিন্নবী) মচে, মনাও নুপীশিংগী মচা

وَقُل لِّلْمُؤْمِنَاتِ يَغْضُضْنَ مِنْ أَبْصَارِهِنَّ وَيَحْفَظْنَ
فُرُوجَهُنَّ وَلَا يُبْدِينَ زِينَتَهُنَّ إِلَّا مَا ظَهَرَ مِنْهَا ۖ
وَلْيَضْرِبْنَ بِخُمُرِهِنَّ عَلَىٰ جُيُوبِهِنَّ ۖ وَلَا يُبْدِينَ
زِينَتَهُنَّ إِلَّا لِبُعُولَتِهِنَّ أَوْ آبَائِهِنَّ أَوْ آبَاءِ بُعُولَتِهِنَّ
أَوْ أَبْنَائِهِنَّ أَوْ أَبْنَاءِ بُعُولَتِهِنَّ أَوْ إِخْوَانِهِنَّ أَوْ
بَنِي إِخْوَانِهِنَّ أَوْ بَنِي أَخَوَاتِهِنَّ أَوْ نِسَائِهِنَّ أَوْ مَا
مَلَكَتْ أَيْمَانُهُنَّ أَوِ التَّابِعِينَ غَيْرِ أُولِي الْإِرْبَةِ

نিপাশিংদা নত্তগা মখোই নুপী মশেলদা নত্তগা মখোইগী খুৎ য়েৎথংবনা দখল তৌরিবশিং (-মীনাই নিপাশিং অমসুং মীনাই নুপীশিং) নত্তগা থৌগন্নাই নিপাশিং কামগী রাখল লৈতরবা নত্তগা অঙাং নারাশিং করিমতা খঙদ্রিবা নুপীগী অথুপ্পশিং। অদুগা মখোই থিনগনু মখোঙশিং (লৈবাক্তা) অদুনা মখোইগী লোৎশল্লিবা লিক্কোনশিং(গী ঝন-ঝন লাউবা মখোল তাহন্দুনা) খঙহন্নবগী (অমসুং পাগী পুকনিং খোইরাংহন্নবগী)। অদুগা পুকচেল হোংঙু অল্লাহদা নখোই পুম্নমক, হে অচুম্বা থাজবশিং ! অদুনা নখোই নমায় পাকচনবা।

مِنَ الرِّجَالِ اَوِ الطِّفْلِ الَّذِيْنَ لَمْ يَظْهَرُوْا عَلٰى عَوْرٰتِ النِّسَآءِ ۪ وَلَا يَضْرِبْنَ بِاَرْجُلِهِنَّ لِيُعْلَمَ مَا يُخْفِيْنَ مِنْ زِيْنَتِهِنَّ ؕ وَتُوْبُوْٓا اِلَى اللّٰهِ جَمِيْعًا اَيُّهَ الْمُؤْمِنُوْنَ لَعَلَّكُمْ تُفْلِحُوْنَ ﴿٣١﴾

৩৩। অদুগা থৌরাং তৌ য়ুম্বান্নবা নখোইগী মরক্তা নামতা ঙাইবশিংগী, অমসুং মীনাই নিপাশিং অমসুং মীনাই নুপীশিংগী মখোই (নিপাশিং) না করিগুম্বা লাইরবা ওইরদুনা ইমুং পুবা ঙমদ্র)বদি, অল্লাহনা পীগনি মখোইবু উপায় মহাক্কী থৌজালনা; অমসুং অল্লাহদি পীন-হালেঙদবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

وَاَنْكِحُوا الْاَيَامٰى مِنْكُمْ وَالصّٰلِحِيْنَ مِنْ عِبَادِكُمْ وَاِمَآئِكُمْ ؕ اِنْ يَّكُوْنُوْا فُقَرَآءَ يُغْنِهِمُ اللّٰهُ مِنْ فَضْلِهٖ ؕ وَاللّٰهُ وَاسِعٌ عَلِيْمٌ ﴿٣٢﴾

৩৪। অদুগা য়ুম্বানবগী উপায় লৈজদবা (মী)শিং মশা শেংনা লৈয়ু, অল্লাহনা পীনদরিবা ফাওবা মখোইদা মতিকচাবা উপায় মহাক্কী থৌজালদগী। অদুগা নখোইনা লোইরিবা কনাগুম্বা তয়ুম নাইনা পামলবদি অইবা চে অমা (মনীং তম্বগী থাদোকমল পীররা মতুংদা)। পীয়ু মখোইদা অইবা অমা নখোইনা খঙলবদি করিগুম্বা অফবা মখোইদা; অমসুং পীয়ু মখোইদা শেল থুম খরা (মতেং ওইনা) অল্লাহনা পীখিবা অদুদগী নখোইদা। অদুগা জবর তৌগনু নখোইগী মীনাই লৈশাবীশিংবু -বেশ্যাগী থবক্তা, মখোইনা খোঙফম্মনীংলবদি অশেংবা পুন্সি, নখোইনা ফংনীংদুনা কান্নবা খরা তাইবঙ পুন্সিগী। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা জবর তৌরবদি মখোইবু (ফত্তবা থবক্তা), অদুগী তুংদা (মখোইনা মমায় ওথোকলবদি

وَلْيَسْتَعْفِفِ الَّذِيْنَ لَا يَجِدُوْنَ نِكَاحًا حَتّٰى يُغْنِيَهُمُ اللّٰهُ مِنْ فَضْلِهٖ ؕ وَالَّذِيْنَ يَبْتَغُوْنَ الْكِتٰبَ مِمَّا مَلَكَتْ اَيْمَانُكُمْ فَكَاتِبُوْهُمْ اِنْ عَلِمْتُمْ فِيْهِمْ خَيْرًا ۖ وَّاٰتُوْهُمْ مِّنْ مَّالِ اللّٰهِ الَّذِيْٓ اٰتٰىكُمْ ؕ وَلَا تُكْرِهُوْا فَتَيٰتِكُمْ عَلَى الْبِغَآءِ اِنْ اَرَدْنَ تَحَصُّنًا لِّتَبْتَغُوْا عَرَضَ الْحَيٰوةِ الدُّنْيَا ؕ وَمَنْ يُّكْرِهْهُّنَّ فَاِنَّ اللّٰهَ مِنْ بَعْدِ اِكْرَاهِهِنَّ

غَفُورٌ رَّحِيمٌ ﴿٣٣﴾

ফম্ভরম খোঙফম্নবদগী) মখোইবু জবর তৌবিখ্রবা মতুংদা, অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَلَقَدْ أَنزَلْنَا إِلَيْكُمْ آيَاتٍ مُّبَيِّنَاتٍ وَمَثَلًا مِّنَ الَّذِينَ خَلَوْا مِن قَبْلِكُمْ وَمَوْعِظَةً لِّلْمُتَّقِينَ ﴿٣٤﴾ ع

৩৫। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখ্রে নংঙোন্দা তশেং-তশেংবা পাওজেনশিং, অমসুং খুদম (রারী) নখোইগী মমাংদা হৌখিবা মীশিংগী, অমসুং রারক-পাওতাক ধর্ম্ম কায়দবশিংদা।

৫ শুবা রুকূ

اللَّهُ نُورُ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ ۚ مَثَلُ نُورِهِ كَمِشْكَاةٍ فِيهَا مِصْبَاحٌ ۖ الْمِصْبَاحُ فِي زُجَاجَةٍ ۖ الزُّجَاجَةُ كَأَنَّهَا كَوْكَبٌ دُرِّيٌّ يُوقَدُ مِن شَجَرَةٍ مُّبَارَكَةٍ زَيْتُونَةٍ لَّا شَرْقِيَّةٍ وَلَا غَرْبِيَّةٍ يَكَادُ زَيْتُهَا يُضِيءُ وَلَوْ لَمْ تَمْسَسْهُ نَارٌ ۚ نُّورٌ عَلَىٰ نُورٍ ۗ يَهْدِي اللَّهُ لِنُورِهِ مَن يَشَاءُ ۚ وَيَضْرِبُ اللَّهُ الْأَمْثَالَ لِلنَّاسِ ۗ وَاللَّهُ بِكُلِّ شَيْءٍ عَلِيمٌ ﴿٣٥﴾

৩৬। অল্লাহদি মঙালনি আসমান অমসুং পৃথিবীগী। মহাক্কী মঙালগী মান্নবা মতৌদি (পুমলং-লংবা) যুম্বী অমগী মথক্তা লৈবা থাওমৈগুম্বনি। থাওমৈদু হাপচল্লি মিংশেল (মতুম) অমগী মনুংদা। মিংশেলদু ইলং-লংবা থরানমিচাক অমগুম্বনি। (থাওমৈ) অদু থাল্লি য়াইফখোল লৈবা পামেল জৈতুন (গী থাও) না, মদু নোংপোক (লম)গীসু নত্তে নত্তগা নোচুপ (লম)গীসু নত্তে, থাও অদু মশানা মৈ ফ্রং হেক হৌই মৈনা ইশোক-শোক্তবসু মদু। মঙালগী মথক্তা মঙাল (তাব)নি। অল্লাহনা উহল্লি অচুম্বা লম্বী মহাক্কী মঙালদা মহাকনা চানবিবা (মতিকচাব)শিংবু। অদুগা অল্লাহনা উথোকপি মান্নবা রাঙাওশিং মীওইবশিংদা (লায়না খঙহন্নগী), অমসুং অল্লাহনা মুন্না খঙই পোৎ পুম্নমক।

فِي بُيُوتٍ أَذِنَ اللَّهُ أَن تُرْفَعَ وَيُذْكَرَ فِيهَا اسْمُهُ يُسَبِّحُ لَهُ فِيهَا بِالْغُدُوِّ وَالْآصَالِ ﴿٣٦﴾

৩৭। (ইসলামগী মঙালসি হৌজিক ঙাল্লিএ করিগুম্বা) যুমশিংদা মদু অল্লাহনা য়াথংনবিখ্রে (চাওখৎপগী থাক-থাক) কাখৎনবগী অমসুং মহাক্কী মমিং শক-শোম্নবগী মখোইদুগী মনুংদা। মদুগী মনুংদা মহাকপু থাগৎপগী লাইশোল শোল্লি অয়ুক অমসুং য়াচংবদা,—

رِجَالٌ لَّا تُلْهِيهِمْ تِجَارَةٌ وَلَا بَيْعٌ عَن ذِكْرِ اللَّهِ وَإِقَامِ الصَّلَاةِ وَإِيتَاءِ الزَّكَاةِ ۙ يَخَافُونَ يَوْمًا

৩৮। (লাইশোল শোল্লিবা) মীশিংদো লল্লোন ইতিক তৌবা নত্তগা লৈবা য়োনবনা হাই-দোকহনবা ঙমদে অল্লাহবু নীংশিঙবদগী অমসুং

تَتَقَلَّبُ فِيهِ الْقُلُوبُ وَالْأَبْصَارُ ﴿٣٧﴾

নমাজ তৌবদগী অমসুং জকাত পীবদগী। মখোইনা কিজে কোরৌ নোংজা অমবু—মদুদা (অকিবনা লাকহক্তুনা) থম্মোইশিং অমসুং চেংলৌ মিৎশিং লাংতক্কগনি।

لِيَجْزِيَهُمُ اللَّهُ أَحْسَنَ مَا عَمِلُوا وَيَزِيدَهُم مِّن فَضْلِهِ ۗ وَاللَّهُ يَرْزُقُ مَن يَشَاءُ بِغَيْرِ حِسَابٍ ﴿٣٨﴾

৩৯। অদুনা অল্লাহনা পীবিবা য়াই মখোইবু য়াম্না ফবা মনা-মথিন মখোইগী তৌজমলগী অমসুং (মদুদগীসু) হেন্না পীবিগনি (শরুক কয়া) মহাক্কী (মপান নাইদবা) থৌজালদগী। অদুগা অল্লাহনা পীবি মহাকনা চানবিবা (মতিকচাব) শিংদা চাং কক্তুনা।

وَالَّذِينَ كَفَرُوا أَعْمَالُهُمْ كَسَرَابٍ بِقِيعَةٍ يَحْسَبُهُ الظَّمْآنُ مَاءً حَتَّىٰ إِذَا جَاءَهُ لَمْ يَجِدْهُ شَيْئًا وَوَجَدَ اللَّهَ عِندَهُ فَوَفَّاهُ حِسَابَهُ ۗ وَاللَّهُ سَرِيعُ الْحِسَابِ ﴿٣٩﴾

৪০। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবা মখোইগী থবকশিংগী মান্নবা মতৌদি মায়া-মরিচিকাগুম্বনি মরুভূমিদা। ঈশিং খৌরাংলবা (লংফৈ চৎপা) মীনা খল্লি মদু ঈশিং ওইনা অসি য়ৌবফাওবা, মহাকনা লাকলবা মতমদা মদুদা, মহাকনা ফংহই মদু করিসু ওইদনা; তৌইগুম্বসুং মহাকনা ফংজগনি অল্লাহবু (মতম-পুম্বদা) মহাক্কী মনাক্তা, মরমদুনা মহাকনা পীবিগনি মহাক্কী পুরা হিসাব; অল্লাহদি থুবনি হিসাব তৌবদা।

أَوْ كَظُلُمَاتٍ فِي بَحْرٍ لُّجِّيٍّ يَغْشَاهُ مَوْجٌ مِّن فَوْقِهِ مَوْجٌ مِّن فَوْقِهِ سَحَابٌ ۚ ظُلُمَاتٌ بَعْضُهَا فَوْقَ بَعْضٍ إِذَا أَخْرَجَ يَدَهُ لَمْ يَكَدْ يَرَاهَا ۗ وَمَن لَّمْ يَجْعَلِ اللَّهُ لَهُ نُورًا فَمَا لَهُ مِن نُّورٍ ﴿٤٠﴾

৪১। নত্ত্রগা (মখোইগী ফিবমদি) মান্নে অরুবা সমুদ্র ঈরোম্নুংগী শুক্লা মম্বগা, মদুনা কুপশল্লি মহাকপু, ঈথক অমগী মথক্তা ঈথক অমনা, মদুগী মথক্তা নোংসু ফুইনা মংলিঃ অমম্বগী মথক্তা অমম্বা (মরোল-মরোল)নি। মহাকনা মখুৎ তিংথোরকপা মতমদা, মহাকনা উবা ঙমদে মদু; অমসুং অল্লাহনা পীখিদ্রবা মহাকদু মঙাল, মহাক (ফংনিঙঙাই) লৈতে মঙাল।

৬ শুবা রুকূ

أَلَمْ تَرَ أَنَّ اللَّهَ يُسَبِّحُ لَهُ مَن فِي السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ وَالطَّيْرُ صَافَّاتٍ ۖ كُلٌّ قَدْ عَلِمَ صَلَاتَهُ وَتَسْبِيحَهُ ۗ

৪২। নং উদব্রা অল্লাহ মহাকপু থাগৎপগী শৈশক শকলি আসমান অমসুং পৃথিবীদা লৈবা পুম্নমক্না, অমসুং (অসুম্না তৌরি) চেকলা উচেকশিংন(সু) মখোইগী মশাশিং শন্দোক্তুনা? মখোই খুদিংনা

وَاللّٰهُ عَلِيْمٌۢ بِمَا يَفْعَلُوْنَ ۝

খঙই মাগী-মাগী (চৎনবী) লাইশোল অমসুং থাগৎপ (গী শৈশক)। অদুগা অল্লাহনা মুন্না খঙই মখোইনা তৌরিবা-পুম্বা।

وَلِلّٰهِ مُلْكُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۚ وَاِلَى اللّٰهِ الْمَصِيْرُ ۝

৪৩। অদুগা অল্লাহনা মপু ওইবনি আসমান অমসুং পৃথিবীগী নিংথৌ লৈবাক্কী, অমসুং অল্লাহদা (অরোয়বা) মহনফমনি (পুম্নমক্কী)।

اَلَمْ تَرَ اَنَّ اللّٰهَ يُزْجِيْ سَحَابًا ثُمَّ يُؤَلِّفُ بَيْنَهٗ ثُمَّ يَجْعَلُهٗ رُكَامًا فَتَرَى الْوَدْقَ يَخْرُجُ مِنْ خِلٰلِهٖ ۚ وَ يُنَزِّلُ مِنَ السَّمَآءِ مِنْ جِبَالٍ فِيْهَا مِنْۢ بَرَدٍ فَيُصِيْبُ بِهٖ مَنْ يَّشَآءُ وَيَصْرِفُهٗ عَنْ مَّنْ يَّشَآءُ ۗ يَكَادُ سَنَا بَرْقِهٖ يَذْهَبُ بِالْاَبْصَارِ ۝

৪৪। নং উদব্রা অল্লাহনা হোইদুনা পুবা (মংলিবা অপাবা অমসুং অচোয়বা) নোংশিংবু, অদুগী তুংদা পুল্লপ-পুনশিনবা মখোইবু, অদুগী তুংদা মপৈ ওইনা তাশিনবা মখোইবু, মতমদুদা নংনা উই নোং-ঈশিং জম-জম তারকপা মখোইগী মরক্তগী? অদুগা মহাকনা থাদরকই আসমানগী (নোং মতুম মানবা) চীংজাওশিংদগী লেন অমসুং তাহল্লি মদু মহাকনা অপাম্বা (মতিকচাবা মীফত্ত) শিংগী মথক্তা, অমসুং থৈদোকই মদু মহাকনা অপাম্ব (মতিকচাবা অফবা) শিংদগী। মহাক্কী নোংথাংনা খংঙান-ঙাংথোরকপদা হেক-হেক মাঙহনবগুম তৌই মিংকী য়েংনবা পাঙ্গল।

يُقَلِّبُ اللّٰهُ الَّيْلَ وَالنَّهَارَ ۗ اِنَّ فِيْ ذٰلِكَ لَعِبْرَةً لِّاُولِى الْاَبْصَارِ ۝

৪৫। অল্লাহনা ওন্ন-ওন্ননা থোকহল্লি অহিং অমসুং নুংথিল। তশেংবমক (প্রকৃতিগী পোৎ-শিংগী মপানগী মওং) অসিদা লৈরে পারা অমা (থম্মোইনুংগী) মমিৎ পানবশিংগীদমক।

وَاللّٰهُ خَلَقَ كُلَّ دَآبَّةٍ مِّنْ مَّآءٍ ۚ فَمِنْهُمْ مَّنْ يَّمْشِيْ عَلٰى بَطْنِهٖ ۚ وَمِنْهُمْ مَّنْ يَّمْشِيْ عَلٰى رِجْلَيْنِ ۚ وَمِنْهُمْ مَّنْ يَّمْشِيْ عَلٰۤى اَرْبَعٍ ۗ يَخْلُقُ اللّٰهُ مَا يَشَآءُ ۗ اِنَّ اللّٰهَ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيْرٌ ۝

৪৬। অদুগা অল্লাহনা শেম-শাখি থরাই পানবা জীব খুদিং ঈশিংদগী। মখোইগী মরক্তা খরনা চৎলি মপুকনা (শিত্তুনা), অমসুং অতোপ্পা খরনা চৎলি মখোঙ অনিনা, অমসুং অতৈ খরনা চৎলি মখোঙ মরিনা। অল্লাহনা শেম-শাই মহাকনা অপাম্বতা। থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহদি শক্তি ইলৈ-লৈ পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

لَقَدْ اَنْزَلْنَآ اٰيٰتٍ مُّبَيِّنٰتٍ ۗ وَاللّٰهُ يَهْدِيْ مَنْ يَّشَآءُ اِلٰى

৪৭। তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখ্রে তশেং-তশেংবা পাওজেনশিং (লমজিংনবগী মীওই-বশিংবু)। অদুগা অল্লাহনা লমজিংবি মহাকনা

চানবিবা (মতিকচাব)শিংবু অচুম্বা লম্বীদা।

صِرَاطٍ مُّسْتَقِيمٍ ﴿٤٧﴾

৪৮। অদুগা (মপুকনিং লোংবা) মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইনা থাজে অল্লাহবু অমসুং রসূলবু, অমসুং ঐখোই য়াথং ইনজরে;" অদুগী তুংদা মখোই খরনা মমায় ওংথোকখি। তৌইগুম্বসুং মখোই নত্তে অচুম্বা থাজবশিং।

وَيَقُولُونَ آمَنَّا بِاللَّهِ وَبِالرَّسُولِ وَأَطَعْنَا ثُمَّ يَتَوَلَّىٰ فَرِيقٌ مِّنْهُم مِّن بَعْدِ ذَٰلِكَ ۚ وَمَا أُولَٰئِكَ بِالْمُؤْمِنِينَ ﴿٤٨﴾

৪৯। অদুগা মখোইবু কৌশিনবা মতমদা অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসূলগী মায়কৈদা (রসূল) মহাকনা রায়েল তৌনবগী মখোই খুৎপু অমনা মমায় ওংথোকখি।

وَإِذَا دُعُوا إِلَى اللَّهِ وَرَسُولِهِ لِيَحْكُمَ بَيْنَهُمْ إِذَا فَرِيقٌ مِّنْهُم مُّعْرِضُونَ ﴿٤٩﴾

৫০। অদুবু মখোইনা করিগুম্বা অচুম্বা ওইরবদি, মখোই চেন্না-চেন্না লাকই মঙোন্দা অয়েংপা লৈতনা।

وَإِن يَكُن لَّهُمُ الْحَقُّ يَأْتُوا إِلَيْهِ مُذْعِنِينَ ﴿٥٠﴾

৫১। লৈরব্রা অনাবা অমা মখোইগী মথম্মোইশিংদা? নত্তগা মখোইনা চিংনব্রা নত্তগা মখোইনা কিব্রা অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসূলনা চুমদনা তৌবিগনি হায়না মখোইবু? নত্তে, মখোইসি অরানবা লম্বীনবশিংনি।

أَفِي قُلُوبِهِم مَّرَضٌ أَمِ ارْتَابُوا أَمْ يَخَافُونَ أَن يَحِيفَ اللَّهُ عَلَيْهِمْ وَرَسُولُهُ ۚ بَلْ أُولَٰئِكَ هُمُ الظَّالِمُونَ ﴿٥١﴾ ع

৭ শুবা রুকূ

৫২। তশেংবমক অচুম্বা থাজবশিংগী পাওখুম, মখোইবু কৌরকপা মতমদা অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসূলগী মায়কৈদা মহাকনা রায়েল তৌবিনবগী মখোই (অমসুং ফত্তবা থিগনবশিং)গী মরক্তা; মখোইনা অসিতা হায়ঃ "ঐখোইনা তাজরে (রারক-রাতেম্বা) অমসুং য়াথং ইনজরে;" অমসুং মখোইসি মমায় পাকপা শরুক্কুগনি।

إِنَّمَا كَانَ قَوْلَ الْمُؤْمِنِينَ إِذَا دُعُوا إِلَى اللَّهِ وَرَسُولِهِ لِيَحْكُمَ بَيْنَهُمْ أَن يَقُولُوا سَمِعْنَا وَأَطَعْنَا ۚ وَأُولَٰئِكَ هُمُ الْمُفْلِحُونَ ﴿٥٢﴾

৫৩। অদুগা কনাগুম্বনা ইল্লবদি অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসূল(গীময়াথং) অমসুং কিজরবদি অল্লাহবু অমসুং নোল্লুকচরবদি মঙোন্দা, মখোইসি অনীংবা থুংলবশিংনি।

وَمَن يُطِعِ اللَّهَ وَرَسُولَهُ وَيَخْشَ اللَّهَ وَيَتَّقْهِ فَأُولَٰئِكَ هُمُ الْفَائِزُونَ ﴿٥٣﴾

৫৪। অদুগা (ঈমান শেবাৎনবশিং) মখোইনা তৌই অল্লাহগী অকনবা কসম মদুদি নংনা হুকুম

وَأَقْسَمُوا بِاللَّهِ جَهْدَ أَيْمَانِهِمْ لَئِنْ أَمَرْتَهُمْ لَيَخْرُجُنَّ

قُلْ لَّا تُقْسِمُوْا ۚ طَاعَةٌ مَّعْرُوْفَةٌ ؕ اِنَّ اللّٰهَ خَبِيْرٌۢ بِمَا تَعْمَلُوْنَ ۝٥٤

তৌরবদি মখোইদা, মখোই (ময়ুম-ময়ুমদগী) থোরক্কনি (নংগী নশুংলানগী মপুকনিংদদি হৎ ফেংৎ তৌদুনা)। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "(চীনবাস্তদা) কসম তৌগনু; (নপুকনিং শেংনা) হায়বা ইনবনি (দরকার ওইরিবদি)। তশেংবমক অল্লাহদি ইখঙ-খঙবনি নখোইনা তৌরিবা-পুম্বা।"

قُلْ اَطِيْعُوا اللّٰهَ وَاَطِيْعُوا الرَّسُوْلَ ۚ فَاِنْ تَوَلَّوْا فَاِنَّمَا عَلَيْهِ مَا حُمِّلَ وَعَلَيْكُمْ مَّا حُمِّلْتُمْ ؕ وَاِنْ تُطِيْعُوْهُ تَهْتَدُوْا ؕ وَمَا عَلَى الرَّسُوْلِ اِلَّا الْبَلٰغُ الْمُبِيْنُ ۝٥٥

৫৫। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ য়াথং ইল্লু অল্লাহগী অমসুং য়াথং ইল্লু রসুলগী। তৌইগুম্বসুং নখোইনা নমায় ওথোকলবদি, অদুগী মতমদা (রসুল) মহাকনা পুগনি মহাক্কী দায়ী কোকথোং, অমসুং নখোইনা পুগনি নখোইগী দায়ী কোকথোং। অদুগা নখোইনা ইল্লবদি মহাকনা হায়বদা, নখোইবু লমজিংবিগনি; অমসুং রসুলগী দায়ী হায়বমক্তবু (পাওজেন) শেংনা লানা থুংহনবতনি।

وَعَدَ اللّٰهُ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا مِنْكُمْ وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ لَيَسْتَخْلِفَنَّهُمْ فِى الْاَرْضِ كَمَا اسْتَخْلَفَ الَّذِيْنَ مِنْ قَبْلِهِمْ ۪ وَلَيُمَكِّنَنَّ لَهُمْ دِيْنَهُمُ الَّذِى ارْتَضٰى لَهُمْ وَلَيُبَدِّلَنَّهُمْ مِّنْۢ بَعْدِ خَوْفِهِمْ اَمْنًا ؕ يَعْبُدُوْنَنِىْ لَا يُشْرِكُوْنَ بِىْ شَيْـًٔا ؕ وَمَنْ كَفَرَ بَعْدَ ذٰلِكَ فَاُولٰٓئِكَ هُمُ الْفٰسِقُوْنَ ۝٥٦

৫৬। অল্লাহনা ৱাশকপিরি নখোইগী মরক্তা অদুগুম্বা মীওইশিং অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনবদা মদুদি মহাকনা শোয়দনমক ওইহনবিগনি মখোইবু মহুৎ শীন্‌বা মী (লৈঙাকলিবশিংগী) পৃথিবীদা, মহাকনা ওইহনবিখিবগুম্না মখোইগী মমাংদা লৈরম্বশিংবু মহুৎ শীনবা মী (অতৈ অতোপ্পগী)। অমসুং মহাকনা শোয়দনমক লিংখৎপিগনি মখোইগী ধর্ম্ম (ইসলাম) মহাকনা খনবিখ্রবদু মখোইগীদমক; অমসুং মহাকনা শোয়দনমক পীবিগনি মখোইবু খুদোংথীবা লৈতবা মতাং (অমসুং অঙাংবা) মহুত্তা মখোইগী অকিবা (ফিবম) শরুক্করমখ্রবা মতুংদা। মখোইনা বন্দগী তৌগনি ঐবু, অমসুং মখোইনা মরী লৈনহল্লোই কনামতবু ঐগা শরুক য়ামিন্নবা ওইনা। অদুগা কনাগুম্বনা লমফৈ-খোঙফম্নরবদি মসিগী মতুংদা, মখোইদু কা হেন্দোকপশিংনি।

وَاَقِيْمُوا الصَّلٰوةَ وَاٰتُوا الزَّكٰوةَ وَاَطِيْعُوا الرَّسُوْلَ

৫৭। অদুগা নমাজ তেক্কনু অমসুং জকাত পীয়ু অমসুং ইল্লু ময়াথং রসুলগী, অদুনা নখোইবু

ঙাকপি-রুনবিনবা।

لَعَلَّكُمْ تُرْحَمُونَ ﴿٥٦﴾

৫৮। খনগনু মদুদি লমথৈ-খোঙফম্নবশিংনা য়েখাইবা ঙমগনি (ঐখোইগী থৌরাং) পৃথিবীদা: অমসুং মখোইগী লৈফমদি থাম্বি মৈকোমদনি ঃ মদু ফত্তবা পংথুংফমনি।

لَا تَحْسَبَنَّ الَّذِينَ كَفَرُوا مُعْجِزِينَ فِي الْأَرْضِ ۚ وَمَأْوَاهُمُ النَّارُ ۖ وَلَبِئْسَ الْمَصِيرُ ﴿٥٧﴾

৮ শুবা রুকূ

৫৯। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোইগী খুৎ য়েংথংবনা দখল তৌরিবশিং (-তয়ুম নাইশিং) অমসুং নখোইগী (নচা) মীওই শুদরিবশিংদু হুকুম লৌহল্লু (ননাক্তা চঙলমদাইদা) মতম অহুমদা ঃ (১) অয়ুক্কী নমাজ মমাংদা (ফমুংদা য়াহিপ-লিঙৈদা) অমসুং (২) নুমিৎ য়ুংবা মতমগী নুংশাগী মৈশানা নফি-নরোন কোমথোক্লুনা লৈরিঙৈদা অমসুং (৩) অহিংগী নমাজ মতুংদা (তুমফমদা য়াহিপ তানখ্রবদা)। মতম অহুমসি নখোইগী লোন্না-থুপ্না লৈনঙাইহনি। অতৈ মতমদা (হুকুম লৌদনা মী চঙলকপদা) দোশ করিসু লৈতে নখোইদা নত্ত্রগা মখোইদা, করিনা হায়ববু (ননাই নযণশিং নত্ত্রগা নচাশিং) মখোই চঙথোক-চঙশিল তৌই অমনা অমগী মনাক্তা সেবা তৌবগী (অমসুং রাই শিং-খোম্বগী নখোইগী হুকুম লৌদ্রবসু)। অসুম্না অল্লাহনা তাকথোকপি তশেং-তশেংনা নখোইদা পাওজেনশিং। অদুগা অল্লাহদি পোং পুম্নমক খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا لِيَسْتَأْذِنكُمُ الَّذِينَ مَلَكَتْ أَيْمَانُكُمْ وَالَّذِينَ لَمْ يَبْلُغُوا الْحُلُمَ مِنكُمْ ثَلَاثَ مَرَّاتٍ ۚ مِّن قَبْلِ صَلَاةِ الْفَجْرِ وَحِينَ تَضَعُونَ ثِيَابَكُم مِّنَ الظَّهِيرَةِ وَمِن بَعْدِ صَلَاةِ الْعِشَاءِ ۚ ثَلَاثُ عَوْرَاتٍ لَّكُمْ ۚ لَيْسَ عَلَيْكُمْ وَلَا عَلَيْهِمْ جُنَاحٌ بَعْدَهُنَّ ۚ طَوَّافُونَ عَلَيْكُم بَعْضُكُمْ عَلَىٰ بَعْضٍ ۚ كَذَٰلِكَ يُبَيِّنُ اللَّهُ لَكُمُ الْآيَاتِ ۗ وَاللَّهُ عَلِيمٌ حَكِيمٌ ﴿٥٨﴾

৬০। অদুগা নখোইগী অঙাংশিং নখোইগী নরক্তা লৈবনা মীওই শুরকলবা মতমদা, মখোইসু হুকুম লৌগদবনি, মখোইগী মমাংদা হান্না (মীওই শুখিবশিং) মখোই দূনা হুকুম লৌখিবগুম্না। অসুম্না অল্লাহনা তাকথোকপি তশেং-তশেংনা নখোইদা পাওজেনশিং। অদুগা অল্লাহদি পোং পুম্নমক খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَإِذَا بَلَغَ الْأَطْفَالُ مِنكُمُ الْحُلُمَ فَلْيَسْتَأْذِنُوا كَمَا اسْتَأْذَنَ الَّذِينَ مِن قَبْلِهِمْ ۚ كَذَٰلِكَ يُبَيِّنُ اللَّهُ لَكُمْ آيَاتِهِ ۗ وَاللَّهُ عَلِيمٌ حَكِيمٌ ﴿٥٩﴾

৬১। অদুগা নুপী অহল ওইরবী (চাথম-নাওখমলবী)শিং য়ুম্বান্নীংবগী রাখল লৈতরবা

وَالْقَوَاعِدُ مِنَ النِّسَاءِ اللَّاتِي لَا يَرْجُونَ نِكَاحًا

فَلَيْسَ عَلَيْهِنَّ جُنَاحٌ اَنْ يَّضَعْنَ ثِيَابَهُنَّ غَيْرَ مُتَبَرِّجٰتٍۭ بِزِيْنَةٍ ؕ وَاَنْ يَّسْتَعْفِفْنَ خَيْرٌ لَّهُنَّ ؕ وَاللّٰهُ سَمِيْعٌ عَلِيْمٌ ﴿٦١﴾

মখোই দোশ করিসু লৈতে মখোইনা মখোইগী (মপানথংবা) ফিজোন লৌথোক্কুনা লৈবদা লৈতেগুশিং (অমদি মশাগী ফজবা শক্তম) উথোকনীংবগী নত্তবদি। তৌইগুম্বসুং মদু তৌবদগী ঙাকপনা মখোইগী হেন্না ফবনি। অদুগা অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

لَيْسَ عَلَى الْاَعْمٰى حَرَجٌ وَّلَا عَلَى الْاَعْرَجِ حَرَجٌ وَّلَا عَلَى الْمَرِيْضِ حَرَجٌ وَّلَا عَلٰۤى اَنْفُسِكُمْ اَنْ تَاْكُلُوْا مِنْۢ بُيُوْتِكُمْ اَوْ بُيُوْتِ اٰبَآئِكُمْ اَوْ بُيُوْتِ اُمَّهٰتِكُمْ اَوْ بُيُوْتِ اِخْوَانِكُمْ اَوْ بُيُوْتِ اَخَوٰتِكُمْ اَوْ بُيُوْتِ اَعْمَامِكُمْ اَوْ بُيُوْتِ عَمّٰتِكُمْ اَوْ بُيُوْتِ اَخْوَالِكُمْ اَوْ بُيُوْتِ خٰلٰتِكُمْ اَوْ مَا مَلَكْتُمْ مَّفَاتِحَهٗۤ اَوْ صَدِيْقِكُمْ ؕ لَيْسَ عَلَيْكُمْ جُنَاحٌ اَنْ تَاْكُلُوْا جَمِيْعًا اَوْ اَشْتَاتًا ؕ فَاِذَا دَخَلْتُمْ بُيُوْتًا فَسَلِّمُوْا عَلٰۤى اَنْفُسِكُمْ تَحِيَّةً مِّنْ عِنْدِ اللّٰهِ مُبٰرَكَةً طَيِّبَةً ؕ كَذٰلِكَ يُبَيِّنُ اللّٰهُ لَكُمُ الْاٰيٰتِ لَعَلَّكُمْ تَعْقِلُوْنَ ﴿٦٢﴾ ع

৬২। লৈতে দোশ মমিৎ তাংবশিংগী মথক্তা, নত্তগা লৈতে দোশ মখোঙ তেকপশিংগী মথক্তা, নত্তগা লৈতে দোশ অনাবশিংগী মথক্তা (খানা চামিন্নবদা নখোইগা), নত্তগা নখোইগী নথক্তা (দোশ লৈতে) নযুমশিংদা খানা চাবদা, নত্তগা নখোইগী পখোংশিংগী ময়ুমশিংদা, নত্তগা নখোইগী পল্লেমশিংগী ময়ুমশিংদা, নত্তগা নখোইগী নচিন-ননাওশিংগী ময়ুমশিংদা, নত্তগা নখোইগী নচে-নচনশিংগী ময়ুমশিংদা, নত্তগা নখোইগী পখোংগী ময়াম্বা-মনাওশিংগী ময়ুমশিংদা, নত্তগা নখোইগী পখোংগী, মচে-মচনশিংগী ময়ুমশিংদা, নত্তগা নখোইগী (পল্লেমগী মায়কৈরোমদগী) মামাশিংগী ময়ুমশিংদা, নত্তগা পল্লেমগী মচে-মনাওশিংগী ময়ুমশিংদা, নত্তগা নখোইগী নখুৎশিংনা চুম-শো পায়রিবা (য়ুমশিং)দা, নত্তগা নখোইগী মরূপ-মপিজাশিংগী য়ুমশিংদা। দোশ লৈতে নখোইদা পুন্না তিন্নদুনা চামিন্নরবসু নত্তগা তোঙান-তোঙান্না চারবসু (দরকারগী মতুংইন্না)। মরমদুনা নখোইনা চঙবদা (অতোপ্পা) য়ুমশিংদা সলাম তৌ নখোই মশেলদা অল্লাহগী মমিংদা, (মদু) য়াইফখোল লৈবনি (অমসুং) শেংবনি। অসুম্না অল্লাহনা তাকথোকপি তশেং-তশেংনা নখোইদা পাওজেনশিং, অদুনা নখোইনা খঙনবা।

৯ শুবা রুকূ

اِنَّمَا الْمُؤْمِنُوْنَ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا بِاللّٰهِ وَرَسُوْلِهٖ وَاِذَا

৬৩। তশেংবমক মখোইদো অচুম্বা থাজবশিংনি

كَانُوا مَعَهٗ عَلٰۤى اَمۡرٍ جَامِعٍ لَّمۡ يَذۡهَبُوۡا حَتّٰى يَسۡتَاۡذِنُوۡهُ ؕ اِنَّ الَّذِيۡنَ يَسۡتَاۡذِنُوۡنَكَ اُولٰٓـئِكَ الَّذِيۡنَ يُؤۡمِنُوۡنَ بِاللّٰهِ وَرَسُوۡلِهٖ ۚ فَاِذَا اسۡتَاۡذَنُوۡكَ لِبَعۡضِ شَاۡنِهِمۡ فَاۡذَنۡ لِّمَنۡ شِئۡتَ مِنۡهُمۡ وَاسۡتَغۡفِرۡ لَهُمُ اللّٰهَ ؕ اِنَّ اللّٰهَ غَفُوۡرٌ رَّحِيۡمٌ ﴿۶۲﴾

মখোইনা থাজে অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুলবু, অমসুং মখোইনা ফম্মিন্নবা মতমদা মহাক্কা লোয়ননা (মীয়ামগী ওইবা) থৌরম খরদা মখোই চখোক্তে হুকুম লৌদরিবা ফাওবা মঙোন্দগী। তশেংনমক নংগী নয়াথং লৌবা মখোইদু, অচুম্বা থাজবশিংনি অল্লাহদা অমসুং মহাক্কী রসুলদা। মরমদুনা মখোইনা হুকুম নীরবদি মখোইগী করিগুম্বা থবক খরগীদমক, পীযু হুকুম নংনা য়াবিনীংবদা মখোইগী মরক্তগী অমসুং হায়জবিয়ু (মরাল) কোকপিনবগী মখোইগীদমক্তা অল্লাহদগী। থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

لَا تَجۡعَلُوۡا دُعَآءَ الرَّسُوۡلِ بَيۡنَكُمۡ كَدُعَآءِ بَعۡضِكُمۡ بَعۡضًا ؕ قَدۡ يَعۡلَمُ اللّٰهُ الَّذِيۡنَ يَتَسَلَّلُوۡنَ مِنۡكُمۡ لِوَاذًا ۚ فَلۡيَحۡذَرِ الَّذِيۡنَ يُخَالِفُوۡنَ عَنۡ اَمۡرِهٖۤ اَنۡ تُصِيۡبَهُمۡ فِتۡنَةٌ اَوۡ يُصِيۡبَهُمۡ عَذَابٌ اَلِيۡمٌ ﴿۶۳﴾

৬৪। (নখোই) খনগনু রসুলনা কৌরকপদু নখোইগী মরক্তা মান্ননা কৌবগা নখোই মশেল অমনা অমবু। তশেংবমক অল্লাহনা খঙই নখোইগী মরক্তগী লোংনা চৎখিবশিংদো (সভা তিনফম-দগী)। মরমদুনা মহাক্কী ময়াথংগী মায়োক্তা লৈবশিংদো চেকশনজসনু মদুদি মখোই তাগনি অরাবদা নত্ত্রগা অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাকনা খংফা-ফাবিগনি মখোইবু।

اَلَاۤ اِنَّ لِلّٰهِ مَا فِى السَّمٰوٰتِ وَالۡاَرۡضِ ؕ قَدۡ يَعۡلَمُ مَاۤ اَنۡتُمۡ عَلَيۡهِ ؕ وَيَوۡمَ يُرۡجَعُوۡنَ اِلَيۡهِ فَيُنَبِّئُهُمۡ بِمَا عَمِلُوۡا ؕ وَاللّٰهُ بِكُلِّ شَىۡءٍ عَلِيۡمٌ ﴿۶۴﴾

৬৫। য়েংউ! তশেংবমক অল্লাহতগীনি আসমান অমসুং পৃথিবীদা লৈবা-পুম্বা। মহাকনা তশেংনা খঙই নখোই করি ফিবমদা লৈবা। অদুগা কোরৌ নোংজা অদুদা নখোইনা হনজিল্লকপদা মহাক্কী মায়কৈদা, মহাকনা খঙহনবিগনি মখোইবু মখোইনা তৌখিবা থিবিক (তাইবঙ পুন্সিদা)। অদুগা অল্লাহদি পুংখঙ-খঙবনি পোৎ খুদিংমক।

سُوْرَةُ الْفُرْقَانِ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ২৫ অল-ফুরকান

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৭৮ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

تَبٰرَكَ الَّذِيْ نَزَّلَ الْفُرْقَانَ عَلٰى عَبْدِهٖ لِيَكُوْنَ لِلْعٰلَمِيْنَ نَذِيْرَا ②

২। য়াইফখোল লৈবনি (অল্লাহ) মহাক্তি—মহাকনা থাবিরকখি "মান্নদবা খন্দোকপগী খুদম" মহাক্কী মনাই নিপাদা, অদুনা মহাকনা ওইনবা চেকশনহন্নবগী পাওমেনবা মী অমা (ররলডগী) জাতি পুম্নমক্তা।

الَّذِيْ لَهٗ مُلْكُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ وَلَمْ يَتَّخِذْ وَلَدًا وَّلَمْ يَكُنْ لَّهٗ شَرِيْكٌ فِي الْمُلْكِ وَخَلَقَ كُلَّ شَيْءٍ فَقَدَّرَهٗ تَقْدِيْرًا ③

৩। মহাক্তি চৈকোক পায়বনি আসমান অমসুং পৃথিবীগী, অমসুং মহাকনা পোক্তে মচানিপা অমতা, অমসুং মহাক্কী লৈতে শরুক য়ামিন্নবা কনামতা মহাক্কী নিংথৌ লৈবাক্তা, অমসুং মহাকনা শেম-শাখি পোৎ খুদিংমক, অদুগী তুংদা লেপ্পিখি মদুগী চপচাবা চাং।

وَاتَّخَذُوْا مِنْ دُوْنِهٖٓ اٰلِهَةً لَّا يَخْلُقُوْنَ شَيْـًٔا وَّهُمْ يُخْلَقُوْنَ وَلَا يَمْلِكُوْنَ لِاَنْفُسِهِمْ ضَرًّا وَّلَا نَفْعًا وَّلَا يَمْلِكُوْنَ مَوْتًا وَّلَا حَيٰوةً وَّلَا نُشُوْرًا ④

৪। অদুম ওইনমক (পাইমা ঈরৈচল) মখোইনা লৌখ্রে (অল্লাহ) মহাকপু নত্তনা (অতোপ্পা) খোয়ম লাইশিং, মখোইনা ঙমদে করিমতা শেম-শাবা তৌইগুম্বসুং মখোইবুদুম শেমখিবনি, অমসুং মখোইগী মপাঙ্গল করিসু লৈতে অমাঙবা তৌবগী নত্তগা কান্নবা তৌবগী মশামক্তদা অমসুং লৈতে শক্তি শিহনবগী নত্তগা হিংহনবগী নত্তগা শিরবা মতুংদা অমুক হিংগৎহনবগী।

وَقَالَ الَّذِيْنَ كَفَرُوْٓا اِنْ هٰذَآ اِلَّآ اِفْكُ ِۨافْتَرٰىهُ وَاَعَانَهٗ عَلَيْهِ قَوْمٌ اٰخَرُوْنَ ۚ فَقَدْ جَاۗءُوْ ظُلْمًا وَّزُوْرًا ⑤

৫। অদুগা লমথৈ-খোঙফম্নবশিংনা হায়ঃ "মসি করিসু নত্তে তৌইগুম্বসুং মহাকনা শেমজন-শাজনখিবনি, অমসুং অতৈ অতোপ্পা মীশিংনা তেংবাংখি মহাকপু মদুদা। তশেংবমক মখোইনা পুথোরকখি য়ৌনা চুমদবা অমসুং মীনম্বা রা।

وَقَالُوْٓا اَسَاطِيْرُ الْاَوَّلِيْنَ اكْتَتَبَهَا فَهِيَ تُمْلٰى عَلَيْهِ

৬। অদুগা মখোইনা (অসিসু) হায়ঃ "(পুম্নমকসি) রারীশিংনি মমাংঙৈদা লৈরম্বা

بُكْرَةً وَّ اَصِيْلًا ۝

মীরোনশিংগী, মদু মহাকনা ইশিনহনখিবনি, অমসুং মদু পার-পারগা তাহল্লি মহাকপু অযুক অমসুং য়াচংবদা।"

قُلْ اَنْزَلَهُ الَّذِىْ يَعْلَمُ السِّرَّ فِى السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۗ اِنَّهٗ كَانَ غَفُوْرًا رَّحِيْمًا ۝

৭। হায়যু (মখোইদা)ঃ "মসি থাবিরকখি আসমান অমসুং পৃথিবীগী অরোনবা (খুদিং) খঙবা মহাকনা।" তশেংবমক মহাক্তি খাইদগী হেন্না য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশি হৈবনি।

وَقَالُوْا مَالِ هٰذَا الرَّسُوْلِ يَاْكُلُ الطَّعَامَ وَيَمْشِىْ فِى الْاَسْوَاقِ ۗ لَوْلَاۤ اُنْزِلَ اِلَيْهِ مَلَكٌ فَيَكُوْنَ مَعَهٗ نَذِيْرًا ۝

৮। অদুগা মখোইনা হায়ঃ "করি তৌরবগে রসুল অসিবু—মহাকনা খানা চাই অমসুং খোঙনা চৎলি লম্বী সোড়োকদা? করি মরমগী থাবিরকখিদবা ফরিশতহ অমা মঙোন্দা অদুনা (ফরিশতহ) মহাকনা ওইনবা চেকশনহন্নবগী পাওমেনবা অমা মহাক্না লোয়ননা?

اَوْ يُلْقٰۤى اِلَيْهِ كَنْزٌ اَوْ تَكُوْنُ لَهٗ جَنَّةٌ يَّاْكُلُ مِنْهَا ۗ وَقَالَ الظّٰلِمُوْنَ اِنْ تَتَّبِعُوْنَ اِلَّا رَجُلًا مَّسْحُوْرًا ۝

৯। "নত্রগা (করি মরমগী) পীদবগে লন-থুমগী পুক্কে অমা মঙোন্দা নত্রগা হৈকোন অমা চানবগী (উহৈ-রাহৈশিং) মদুদগী?" অদুগা অরানবা লম্বীনবশিংনা হায় অচুম্বা থাজবশিংদা ঃ "নখোইনা তুংইল্লি কনাসু নত্তবা মন্ত্র থাজন্দুনা ভাব-তাহনখিদ্রবা মী অমগী।"

اُنْظُرْ كَيْفَ ضَرَبُوْا لَكَ الْاَمْثَالَ فَضَلُّوْا فَلَا يَسْتَطِيْعُوْنَ سَبِيْلًا ۝

১০। য়েংউ! করম্না মখোইনা ঙাঙলিবা চাংদম্নবা রাঙাঙ নংগী মরমদা! অদুনা মখোই লমথৈ-খোঙফম্মরে; মরমদুনা মখোই ফংদরে (অচুম্বা) লম্বী।

২ শুবা রুকূ

تَبٰرَكَ الَّذِىْۤ اِنْ شَآءَ جَعَلَ لَكَ خَيْرًا مِّنْ ذٰلِكَ جَنّٰتٍ تَجْرِىْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ ۙ وَيَجْعَلْ لَّكَ قُصُوْرًا ۝

১১। য়াইফখোল লৈবনি (অল্লাহ) মহাক্তি, মহাকনা করিগুম্বা চানবিরবদি, পীবিগনি নংবু অসিদগী হেন্না ফবা—হৈকোন-লৈকোনশিং মদুগী মখাদা (লিকলাই মহীনরবী) তুরেলশিং (ঈপান চাওনা) ঈচেল্লি অমসুং পীবিগনি নংবু কোনুংশিং।

بَلْ كَذَّبُوْا بِالسَّاعَةِ ۟ وَاَعْتَدْنَا لِمَنْ كَذَّبَ بِالسَّاعَةِ سَعِيْرًا ۝

১২। নত্তে, মখোইনা য়াদে পুংজাদু অমসুং ঐখোইনা থৌরাং তৌবিখ্রে পুংজাদু য়াদবা মীওইশিংগীদমক মৈরি থোক্লা চাকপা মৈ অমা।

১৩। (হায়রিবা) মৈ অদুনা উবা মতমদা মখোইবু অরাপ্পা মফমদগী, মখোইনা তাগনি মদু (মপুক লামদুনা) ঙং-খোংবা অমসুং ঙুং-ঙুং ঙংবা।

إِذَا رَأَتْهُم مِّن مَّكَانٍۭ بَعِيدٍ سَمِعُوا۟ لَهَا تَغَيُّظًا وَزَفِيرًا ﴿١٣﴾

১৪। অদুগা মখোইবু হুনজিল্লবদা অখুবা মফম অমদা মদুগী, য়োৎলৌ- কোলৌনা পুনশিন-বিদুনা, মখোইনা হায়গনি পুম্মাঙ-মাঙহনবিনবগী।

وَإِذَآ أُلْقُوا۟ مِنْهَا مَكَانًا ضَيِّقًا مُّقَرَّنِينَ دَعَوْا۟ هُنَالِكَ ثُبُورًا ﴿١٤﴾

১৫। (দণ্ডি পীরিবা ফরিশতহশিংনা হায়-বিগনিঃ) "হায়জগনু ঙসিগী নুমিত্তা অমুক্তং মাঙহনবিনবগী, তৌইগুম্বসুং হায়জৌ কয়ারক হন্না মাঙহনবিনবগী।

لَّا تَدْعُوا۟ ٱلْيَوْمَ ثُبُورًا وَٰحِدًا وَٱدْعُوا۟ ثُبُورًا كَثِيرًا ﴿١٥﴾

১৬। হায়যুঃ "(তুং কোইবা রায়েল-চৈরাক) অসিনা হেন্না ফব্রা নত্ত্রগা মতম চুপ্পা লৈরগদৌবা হৈকোন-লৈকোন রাশকপিত্রবা অদুবুরা ধর্ম্ম কায়দবশিংদা? (হৈকোন-লৈকোন) অদু (ধর্ম্ম কায়দবশিং) মখোইগী মনা-মথিন্নি অমসুং য়াতুংফমনি।

قُلْ أَذَٰلِكَ خَيْرٌ أَمْ جَنَّةُ ٱلْخُلْدِ ٱلَّتِى وُعِدَ ٱلْمُتَّقُونَ ۚ كَانَتْ لَهُمْ جَزَآءً وَمَصِيرًا ﴿١٦﴾

১৭। (ধর্ম্ম লম্বীনবশিং) মখোই ফংগনি মদুগী মনুংদা মখোইনা অপাম-অপাম্বতা অমসুং লৈগনি মদুগী মনুংদা (মতম-পুম্বা নুংঙাইবা ফম্বৈনদুনা)। মসি রাশক অমনি নংগী মপুদগী, নীজগদৌবনি (মতম লৈবা খিবিক্তা)।

لَّهُمْ فِيهَا مَا يَشَآءُونَ خَٰلِدِينَ ۚ كَانَ عَلَىٰ رَبِّكَ وَعْدًا مَّسْـُٔولًا ﴿١٧﴾

১৮। অদুগা নুমিৎ অদুদা মহাকনা খোমজিনবিগনি মখোইবু অমসুং মখোইনা ঈরাৎ-পুজা তৌরম্বা অল্লাহ নত্তবশিংবু: মতমদুদা মহাকনা রা হংবিগনিঃ "নখোইরা লম্মুক্লহনখিবদু ঐগী ইনাইশিংবু নত্ত্রগা মখোই মশানা লম্মুকুজখিব্রা (অচুম্বা) লম্বীদগী?

وَيَوْمَ يَحْشُرُهُمْ وَمَا يَعْبُدُونَ مِن دُونِ ٱللَّهِ فَيَقُولُ ءَأَنتُمْ أَضْلَلْتُمْ عِبَادِى هَٰٓؤُلَآءِ أَمْ هُمْ ضَلُّوا۟ ٱلسَّبِيلَ ﴿١٨﴾

১৯। মখোইনা হায়গনিঃ "আশেংবনি নহাক্তি! ঐখোই চুমদবনি লৌখিবসে ঙাক-শেনবিবা ওইনা নহাক নত্তবা অতৈবু; তৌইগুম্বসুং নহাকনা পীবিখি মখোইবু অমসুং মখোইগী মপা-মপুশিংবু

قَالُوا۟ سُبْحَٰنَكَ مَا كَانَ يَنۢبَغِى لَنَآ أَن نَّتَّخِذَ مِن دُونِكَ مِنْ أَوْلِيَآءَ وَلَٰكِن مَّتَّعْتَهُمْ وَءَابَآءَهُمْ حَتَّىٰ

نَسُوا الذِّكْرَ ۚ وَكَانُوا قَوْمًا بُورًا ﴿١٨﴾

নুংঙাই-য়াইফবা অসি য়ৌবফাওবা মদুদি মখোইনা কাপ্তথোকখি নীংশিঙহন্নবা পোৎ অদু অমসুং ওইখি অমাঙবা লম্বীনত্রবা মীশিং।"

فَقَدْ كَذَّبُوكُم بِمَا تَقُولُونَ فَمَا تَسْتَطِيعُونَ صَرْفًا وَلَا نَصْرًا ۚ وَمَن يَظْلِم مِّنكُمْ نُذِقْهُ عَذَابًا كَبِيرًا ﴿١٩﴾

২০। (অল্লাহনা হায়বিগনি ঃ) "তশেংবমক (দেবতাশিং) মখোইনা যাদ্রে (ভক্তশিং) নখোইনা হায়বদু, মরমদুনা নখোইনা ঙম্নরোই ঙাকথোকপা (ৱায়েল-চৈরাক) নত্তগা মতেং ফংবা।" অদুগা নখোইগী মরক্তগী কনাগুম্বনা অরানবা লম্বীনরবদি, ঐখোইনা মহাউ তংহনবিগনি মহাকপু অচৌবা ৱায়েল-চৈরাক।

وَمَا أَرْسَلْنَا قَبْلَكَ مِنَ الْمُرْسَلِينَ إِلَّا إِنَّهُمْ لَيَأْكُلُونَ الطَّعَامَ وَيَمْشُونَ فِي الْأَسْوَاقِ ۗ وَجَعَلْنَا بَعْضَكُمْ لِبَعْضٍ فِتْنَةً أَتَصْبِرُونَ ۗ وَكَانَ رَبُّكَ بَصِيرًا ﴿٢٠﴾

২১। অদুগা ঐখোইনা থাখিদে কনাগুম্বা রসুল অমতা নংগী মমাংদা, তৌইগুম্বসুং মখোই তশেংবমক চাখি তাইবঙ চিঞ্জাক অমসুং খোঙনা চৎখি লম্বী সোড়োকশিংদা। অদুগা ঐখোইনা শেম্বিখি নখোই খরবু চাং য়েংনবা অতোপ্পশিংগী। নখোই অখাংকল্লোইদ্রা? নংগী মপুনা পুমঊ-উই (পোৎ পুম্নমক)।



৩ শুবা রুকূ

وَقَالَ الَّذِينَ لَا يَرْجُونَ لِقَاءَنَا لَوْلَا أُنزِلَ عَلَيْنَا الْمَلَائِكَةُ أَوْ نَرَىٰ رَبَّنَا ۗ لَقَدِ اسْتَكْبَرُوا فِي أَنفُسِهِمْ وَعَتَوْ عُتُوًّا كَبِيرًا ﴿٢١﴾

২২। অদুগা মখোইনা আশা তৌদুনা উনরোই হায়না ঐখোইগা (কিয়ামত নুমিত্তা) হায় ঃ "করি মরমগী ফরিশতহশিং থাবিরক্তবগে ঐখোইদা? নত্তগা করি মরমগী ঐখোইনা উদবগে ঐখোইগী মপুবু?" তশেংবমক মখোই য়াম্না নারাংখ্রে মশাবু রাংনা খনজদুনা অমসুং য়ৌনা লমকেৎ-লমহাইখ্রে।

يَوْمَ يَرَوْنَ الْمَلَائِكَةَ لَا بُشْرَىٰ يَوْمَئِذٍ لِّلْمُجْرِمِينَ وَيَقُولُونَ حِجْرًا مَّحْجُورًا ﴿٢٢﴾

২৩। কোরৌ নোংজা অদুদা মখোইনা উরবদা ফরিশতহশিংবু (তরু-তরুনা)—হরাওবা-নুংঙাইবা পাওথুং লৈরোই নুমিৎ অদুদা মরাল লৈরবশিংগীদমক অমসুং মখোইনা হায়গনি ঃ "অথিংবা পল অমতং লৈরমলবদিকো (ঐখোই অমসুং ফরিশতহশিংগী মরক্তা)!"

وَقَدِمْنَا إِلَىٰ مَا عَمِلُوا مِنْ عَمَلٍ فَجَعَلْنَاهُ هَبَاءً

২৪। অদুগা ঐখোইনা য়েংশনগনি মখোইনা

তৌখিবা থবকশিং অমসুং ঐখোইনা চাইখায়-বিগনি মদু উফুল মরীকগুম।

مَّنْثُوْرًا ﴿٢٤﴾

২৫। স্বর্গ লৈকোনগী মরূপশিংদো নুমিৎ অদুদা লৈগনি হেন্না নুংঙাইবা লৈফমদা অমসুং হেন্না ফবা পোথাফমদা।

اَصْحٰبُ الْجَنَّةِ يَوْمَىِٕذٍ خَيْرٌ مُّسْتَقَرًّا وَّاَحْسَنُ مَقِيْلًا ﴿٢٥﴾

২৬। অদুগা নুমিৎ অদুদা আসমানসি নোংনা পোকখায়গনি অমসুং ফরিশতহশিং থাবিরক্কনি মশিং য়াম্না।

وَيَوْمَ تَشَقَّقُ السَّمَآءُ بِالْغَمَامِ وَنُزِّلَ الْمَلٰٓىِٕكَةُ تَنْزِيْلًا ﴿٢٦﴾

২৭। নুমিৎ অদুগা অচুম্বা শাসন লৈগনি থৌজালবিহৈবা অল্লাহগী; অমসুং ওইগনি নুমিৎ অদু অরাবা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগীদমক্তা

اَلْمُلْكُ يَوْمَىِٕذِ ِۨالْحَقُّ لِلرَّحْمٰنِ ؕ وَكَانَ يَوْمًا عَلَى الْكٰفِرِيْنَ عَسِيْرًا ﴿٢٧﴾

২৮। অদুগা (নীংশিঙণু) নুমিৎ অদুদা অরানবা লম্বীনবনা (ময়ানা) চিক্কনি মখুৎশিং, মহাকনা হায়গনিঃ আঃ ওথোকপনিদা! ঐবু ইনজরম-লবদিকো (অচুম্বা) লম্বী লোয়ননা রসুলগা!

وَيَوْمَ يَعَضُّ الظَّالِمُ عَلٰى يَدَيْهِ يَقُوْلُ يٰلَيْتَنِى اتَّخَذْتُ مَعَ الرَّسُوْلِ سَبِيْلًا ﴿٢٨﴾

২৯। "এঃ অরাবনিদা! ঐনা লৌরমদ্রবদিকো অসিগুম্বা (মীরুরবা) অমবু মরূপ ওইনা।"

يٰوَيْلَتٰى لَيْتَنِىْ لَمْ اَتَّخِذْ فُلَانًا خَلِيْلًا ﴿٢٩﴾

৩০। "তশেংবমক মহাকনা ফৈরেংনহনবিখি ঐবু নীংশিঙহন্নবা (কিতাব)দগী মদু লাকখ্রবা মতুংদা ঐঙোন্দা।" অদুগা শৈতানদি (লোয়রমদাই তাঞ্জাদা) মীবু থাদোক্তুনা চেনবনি।

لَقَدْ اَضَلَّنِىْ عَنِ الذِّكْرِ بَعْدَ اِذْ جَآءَنِىْ ؕ وَكَانَ الشَّيْطٰنُ لِلْاِنْسَانِ خَذُوْلًا ﴿٣٠﴾

৩১। অদুগা রসুলনা হায়গনিঃ "ঐগী মপুও! ঐগী শীংলুপকী মীশিংনা তশেংনমক তৌবিখ্রে কুরআন অসিবু হুন্দোক্লবা পোৎ অমগুম্না।"

وَقَالَ الرَّسُوْلُ يٰرَبِّ اِنَّ قَوْمِى اتَّخَذُوْا هٰذَا الْقُرْاٰنَ مَهْجُوْرًا ﴿٣١﴾

৩২। অসুম্না ঐখোইনা শেম্বিখি নবী খুদিংগী য়েক্লবা মী পাপচেনবশিংগী মরক্তগী। অদুগা নংগী মপুদি ওকপনি লমজিংবা অমসুং তেংবাংবা ওইবদা।

وَكَذٰلِكَ جَعَلْنَا لِكُلِّ نَبِىٍّ عَدُوًّا مِّنَ الْمُجْرِمِيْنَ ؕ وَكَفٰى بِرَبِّكَ هَادِيًا وَّنَصِيْرًا ﴿٣٢﴾

৩৩। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা হায়ঃ

وَقَالَ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا لَوْلَا نُزِّلَ عَلَيْهِ الْقُرْاٰنُ جُمْلَةً

"করি মরমগী কুরআন থাবিখিদবগে মঙোন্দা পুল্লপ্পা খুদক্তা?" অসুম্না (ঐখোইনা ফোংদোকপিখি মদু মচিৎ-মচিৎ ওইনা) অদুনা ঐখোইনা চেৎশনহন্নবা নংগী নথম্মোই মদুগা লোয়ননা। অদুগা ঐখোইনা শেম্বিখ্রে মদু নিংথীজনা (লেংশিন-খোমজিন্দুনা)।

وَاحِدَةً ۚ كَذَٰلِكَ لِنُثَبِّتَ بِهِ فُؤَادَكَ ۖ وَرَتَّلْنَاهُ تَرْتِيلًا ﴿٣٢﴾

৩৪। অদুগা মখোইনা ঙমলোই পুথোরকপা নংঙোন্দা চাংদম্নবা রাঙাঙ অমতা, তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা পী নংবু (মদুগী মনুংদা) অচুম্বা (পাওখুম) অমসুং য়াম্না ফবা ব্যাখ্যা।

وَلَا يَأْتُونَكَ بِمَثَلٍ إِلَّا جِئْنَاكَ بِالْحَقِّ وَأَحْسَنَ تَفْسِيرًا ﴿٣٣﴾

৩৫। অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইগী মমায়শিং উপথহন্দুনা (নমদুনা চিংলগা) জমা তৌবিগদবশিংদু নরকদা—মখোইগী ফিবম খ্বাইদগী হেন্না ফত্তবনি অমসুং শেরান্ননা চখোকখ্রবনি (অচুম্বা) লম্বীদগী।

الَّذِينَ يُحْشَرُونَ عَلَىٰ وُجُوهِهِمْ إِلَىٰ جَهَنَّمَ أُولَٰئِكَ شَرٌّ مَكَانًا وَأَضَلُّ سَبِيلًا ﴿٣٤﴾ ع

৪ শুবা রুকূ

৩৬। অদুগা ঐখোইনা তশেংবমক পীখি মুসাদা কিতাব অমসুং হাপ্পিখি মহাক্কী (পোকমিন্নবা) ময়াম্বা হারুনবু (মহাক্কী) তেংবাংবা ওইনা।

وَلَقَدْ آتَيْنَا مُوسَى الْكِتَابَ وَجَعَلْنَا مَعَهُ أَخَاهُ هَارُونَ وَزِيرًا ﴿٣٥﴾

৩৭। অদুগী তুংদা ঐখোইনা হায়খিঃ "চৎলু নখোই অনিমক (ফিরঔন অমসুং মহাক্কী) মীশিংদা মখোইনা য়াখিদ্রে ঐখোইগী পাওজেনশিং।" মসিগী মতুংদা ঐখোইনা তুম্না মাঙ-তাকহনবিখি মখোইবু।

فَقُلْنَا اذْهَبَا إِلَى الْقَوْمِ الَّذِينَ كَذَّبُوا بِآيَاتِنَا فَدَمَّرْنَاهُمْ تَدْمِيرًا ﴿٣٦﴾

৩৮। অদুগা নুহগী মীশিং, মখোইনা য়াখিদ্রবদা রসুলশিংবু, ঐখোইনা ঈরাক শিনহনবিখি মখোইবু (ঈশিং ঈচাওদা) অমসুং ঐখোইনা ওইহনবিখি মখোইবু খুদম অমা মীওইবশিংগী। অদুগা ঐখোইনা থৌরাং তৌবিখ্রে অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক অরানবা লম্বীনবশিংগীদমক।

وَقَوْمَ نُوحٍ لَمَّا كَذَّبُوا الرُّسُلَ أَغْرَقْنَاهُمْ وَجَعَلْنَاهُمْ لِلنَّاسِ آيَةً ۖ وَأَعْتَدْنَا لِلظَّالِمِينَ عَذَابًا أَلِيمًا ﴿٣٧﴾

৩৯। অদুগা (ঐখোইনা মাঙহনবিখি) আদ অমসুং সমূদ অমসুং 'অল-রস' (গুহা)গী মীশিং অমসুং শুরোন কয়া(সু) মখোইগী মরক্তা।

وَعَادًا وَثَمُودَ وَأَصْحَابَ الرَّسِّ وَقُرُونًا بَيْنَ ذَٰلِكَ كَثِيرًا ﴿٣٨﴾

৪০। অদুগা মখোই খুদিংমক্তা ঐখোইনা পুখোকপিখি চাংদম্নবা খুদমশিং (মমাংঙৈদা মাঙহনবিরম্রবা মীশিংগী) অমসুং মখোই খুদিংমক ঐখোইনা তুম্মা মাঙ-তাকহনবিখি।

وَكُلًّا ضَرَبْنَا لَهُ الْأَمْثَالَ ۖ وَكُلًّا تَبَّرْنَا تَتْبِيرًا

৪১। অদুগা তশেংবমক (মক্কহৰালাশিং) মখোইনা লান্দুনা চৎলি শহরদু মদুগী মথক্তা হৈথহনবিখি ফত্তবা নোংজু অমা। মখোই উখিদৱা মদু? নত্তে, মখোই আশা করিসু তৌদে (শিরবা মতুংদা) অমুকহন্না হিংগৎহনবিগনি হায়বা।

وَلَقَدْ أَتَوْا عَلَى الْقَرْيَةِ الَّتِي أُمْطِرَتْ مَطَرَ السَّوْءِ ۚ أَفَلَمْ يَكُونُوا يَرَوْنَهَا ۚ بَلْ كَانُوا لَا يَرْجُونَ نُشُورًا

৪২। অদুগা মখোইনা উবা মতমদা নংবু, মখোইনা ফাগি তৌই নংবু (অসি হায়দুনা)ঃ "মহাক অসিবুরা অল্লাহনা থাবিরকখি হায়বদু রসুল অমা ওইনা?"

وَإِذَا رَأَوْكَ إِنْ يَتَّخِذُونَكَ إِلَّا هُزُوًا أَهَٰذَا الَّذِي بَعَثَ اللَّهُ رَسُولًا

৪৩। "মহাকনা তশেংনমক তৌবিরমখ্রে ঐখোইবু লম্বী শেরান্নবা চিংথোক্কদবগী ঐখোইগী খোয়ম লাইশিংদগী, ঐখোইনা ফিবম চেৎনা লৈরমদ্রবদি নপশন্দুনা (লাইশিংগী ৱাখল তৌদুনা)।" অদুগা মখোই খঙলগনি, মখোইনা উবদা ৱায়েল-চৈরাকদু, কনানা হেন্না লম্মুক্কবা (অচুম্বা) লম্বীদগী।

إِنْ كَادَ لَيُضِلُّنَا عَنْ آلِهَتِنَا لَوْلَا أَنْ صَبَرْنَا عَلَيْهَا ۚ وَسَوْفَ يَعْلَمُونَ حِينَ يَرَوْنَ الْعَذَابَ مَنْ أَضَلُّ سَبِيلًا

৪৪। নং উরব্রা অসিগুম্বা মীতা মহাকনা লৌই মহাক (মশাগী) অপাম্ববু মহাক্কী খোয়ম লাই ওইনা? নংনা ওইবা য়াব্রা ঙাকপি-শেননবিবা মী মহাক্কী মথক্তা?

أَرَأَيْتَ مَنِ اتَّخَذَ إِلَٰهَهُ هَوَاهُ أَفَأَنْتَ تَكُونُ عَلَيْهِ وَكِيلًا

৪৫। নত্ত্রগা নংনা খনব্রা মখোই অয়াম্বনা তাই অমসুং খঙই (নংনা তম্বিবা ধর্ম্ম নীতিশিং)? মখোই মখোঙ মরি পানবা শাগুম্বনি—নত্তে, মখোই হেন্নদুম ফৈরেংনখ্রবনি (অচুম্বা) লম্বীদগী।

أَمْ تَحْسَبُ أَنَّ أَكْثَرَهُمْ يَسْمَعُونَ أَوْ يَعْقِلُونَ ۚ إِنْ هُمْ إِلَّا كَالْأَنْعَامِ ۖ بَلْ هُمْ أَضَلُّ سَبِيلًا

৫ শুবা রুকূ

৪৬। নং উদব্রা করম্না নংগী মপুনা শাংদোকহনবা (পোৎশিংগী) মমি? করিগুম্বা মহাকনা তৌনীংলমলবদি, মহাকনা ওইহল্লমগনি

أَلَمْ تَرَ إِلَىٰ رَبِّكَ كَيْفَ مَدَّ الظِّلَّ وَلَوْ شَاءَ لَجَعَلَهُ

سَاكِنًا ۚ ثُمَّ جَعَلْنَا الشَّمْسَ عَلَيْهِ دَلِيلًا ﴿٤٥﴾

মদু লেঙদবা (মতম-পুম্বদা)। মতাং অদুদা ঐখোইনা ওইহল্লি নুমিৎপু পোৎথিঞ্জে (যন্ত্র) মদুগী।

ثُمَّ قَبَضْنَاهُ إِلَيْنَا قَبْضًا يَسِيرًا ﴿٤٦﴾

৪৭। অদুগী তুংদা (নুমিৎনা ৱাংনা কাখৎলকপগা লোয়নননা) ঐখোইনা তেনশনহল্লি মদু ঐখোইগী মায়কৈদা, খরা-খরা চিংশন্দুনা।

وَهُوَ الَّذِي جَعَلَ لَكُمُ اللَّيْلَ لِبَاسًا وَالنَّوْمَ سُبَاتًا وَجَعَلَ النَّهَارَ نُشُورًا ﴿٤٧﴾

৪৮। অদুগা মহাকননি শেম্বিখিবা অহিংবু পর্দা ওইনা নখোইগীদমক্তা, অমসুং তুম্ববু পোখাবা ওইনা, অমসুং শেম্বি নুংথিলবু হৌগত্তুনা লৈনবগীদমক।

وَهُوَ الَّذِي أَرْسَلَ الرِّيَاحَ بُشْرًا بَيْنَ يَدَيْ رَحْمَتِهِ ۚ وَأَنزَلْنَا مِنَ السَّمَاءِ مَاءً طَهُورًا ﴿٤٨﴾

৪৯। অদুগা মহাকননি থারিবা (নোং পুবা) নুংশিৎপু হরাওবা পাও পুবা ওইনা মহাক্কী থৌজালগী মমাং থানা অমসুং ঐখোইনা তাহল্লি অশেংবা (অমসুং অরুবা) ঈশিং কোরৌ নোংমদোন্দগী,

لِنُحْيِيَ بِهِ بَلْدَةً مَّيْتًا وَنُسْقِيَهُ مِمَّا خَلَقْنَا أَنْعَامًا وَأَنَاسِيَّ كَثِيرًا ﴿٤٩﴾

৫০। অদুনা ঐখোইনা মদুনা হিংগৎহল্লি শিরমলবা (অমদি মহৈ-মরোং থোক্তবা) লম অমা অমসুং ঐখোইনা পী মদু থক্কবা ঐখোইনা শেমখিবা শা-ষণ অমসুং মী কয়াবু।

وَلَقَدْ صَرَّفْنَاهُ بَيْنَهُمْ لِيَذَّكَّرُوا فَأَبَىٰ أَكْثَرُ النَّاسِ إِلَّا كُفُورًا ﴿٥٠﴾

৫১। অদুগা ঐখোইনা শুগায়না তাকপি মদু মখোইদা তোঙান-তোঙানবা মওংদা অদুনা মখোইনা মপুকনিং চঙজনবা, তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা অচুম্বা থাজদবতা নত্তনা য়াখিদে (পাগুজেন) পুম্নমক (মথম্মোইশিং অমম্বা চনখিদুনা)।

وَلَوْ شِئْنَا لَبَعَثْنَا فِي كُلِّ قَرْيَةٍ نَّذِيرًا ﴿٥١﴾

৫২। অদুগা ঐখোইনা করিগুম্বা পামলমলবদি, ঐখোইনা থাবিরমগনি চেকশনহন্নবগী পাওমেনবা মী অমমম শহর খুদিংদা।

فَلَا تُطِعِ الْكَافِرِينَ وَجَاهِدْهُم بِهِ جِهَادًا كَبِيرًا ﴿٥٢﴾

৫৩। মরমদুনা নং ইগনু লমকৈ-খোঙ-ফম্নবশিংনা হায়বদা অমসুং হোৎনবা কম্লু মখোইগী মায়োক্তা (কুরআন) সিগী মতেংনা কন্না হোৎনদুনা।

৫৪। অদুগা মহাকননি শেন্নিখিবা সমুদ্র ঈপাক অনি (ঈপান চাওনা) ঈচেনহন্দুনা, (ঈশিং) অমনা অশেংবনি অহাউবনি, অমসুং অতোপ্পনা থুমহীনি অয়াকপনি; অমসুং অনিদুগী মরক্তা মহাকনা থম্মি পথিং অমা অমসুং লাথোকপা ঙমদবা খায়দোকপা অমা (অমনা অতোপ্পগী লমদা চঙদনবা)।

وَهُوَ الَّذِيْ مَرَجَ الْبَحْرَيْنِ هٰذَا عَذْبٌ فُرَاتٌ وَّ هٰذَا مِلْحٌ اُجَاجٌ ۚ وَجَعَلَ بَيْنَهُمَا بَرْزَخًا وَّحِجْرًا مَّحْجُوْرًا ﴿٥٣﴾

৫৫। অদুগা মহাকননি শেমখিবা তাইবঙ মীবু ঈশিংদগী, অদুগী তুংদা শেম্মি মহাক্কীদমক ঈ মরী অমসুং চারো-মৌরোনবগী মরী: অমসুং নংগী মপুদি পুংঙম-ঙম্বনি।

وَهُوَ الَّذِيْ خَلَقَ مِنَ الْمَآءِ بَشَرًا فَجَعَلَهٗ نَسَبًا وَّصِهْرًا ۗ وَكَانَ رَبُّكَ قَدِيْرًا ﴿٥٤﴾

৫৬। অদুগা (লমফৈ-খোঙফম্নবশিং) মখোইনা তৌই ঈরাৎ-পুজা অল্লাহ নত্তবা (অতৈ লাই)শিং মখোইদা কান্নবা নত্তগা অমাঙবা করিসু তৌবা ঙমদব্দু। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবদি (মতম-পুম্বদা) তেংবাংবনি (শৈতানগী) মহাক্কী মপুগী মায়োক্তা।

وَيَعْبُدُوْنَ مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ مَا لَا يَنْفَعُهُمْ وَلَا يَضُرُّهُمْ ۗ وَكَانَ الْكَافِرُ عَلٰى رَبِّهٖ ظَهِيْرًا ﴿٥٥﴾

৫৭। অদুগা ঐখোইনা থাখিদে নংবু নত্তনা হরাওবা পাও পুবা অমা ওইনা রায়েল-য়াথং য়াবশিংদা) অমসুং চেকশনহন্নবা পাওমেনবা অমা ওইনা (ফত্তরম লম্বীনবশিংদা)।

وَمَآ اَرْسَلْنٰكَ اِلَّا مُبَشِّرًا وَّنَذِيْرًا ﴿٥٦﴾

৫৮। হায়য়ু ঃ "ঐনা হায়জদে নখোইদা অরামল পীয়ু (ঐনা পাও শন্দোকপা) অসিগী, নত্তনা কনাগুম্বনা অপাম্বা লৈরবদি (অচুম্বা) লম্বী খোঙফমনৌ য়ৌনবগী মহাক্কী মপুগী মায়কৈদা।

قُلْ مَآ اَسْـَٔلُكُمْ عَلَيْهِ مِنْ اَجْرٍ اِلَّا مَنْ شَآءَ اَنْ يَّتَّخِذَ اِلٰى رَبِّهٖ سَبِيْلًا ﴿٥٧﴾

৫৯। অদুগা আশা তৌ (মতম-পুম্বদা) হিংদুনতা লৈবা, শিবা নাইদবদা অমসুং শক-শোল্লু মহাকপু থাগৎপগী লাইশোল। অদুগা মহাকনা ওকলে খঙহৈবা অমা ওইবিবনা মহাক্কী মনাইশিংগী মপাপশিং।

وَتَوَكَّلْ عَلَى الْحَيِّ الَّذِيْ لَا يَمُوْتُ وَسَبِّحْ بِحَمْدِهٖ ۗ وَكَفٰى بِهٖ بِذُنُوْبِ عِبَادِهٖ خَبِيْرًا ﴿٥٨﴾

৬০। মহাকননি শেম-শাবিখিবা আসমান অমসুং পৃথিবী অমসুং অনিগী মরক্তা লৈবা পুম্নমকসু (তোঙান-তোঙানবা) মতম তরুকদা. অদুগী

الَّذِيْ خَلَقَ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضَ وَمَا بَيْنَهُمَا فِيْ سِتَّةِ اَيَّامٍ ثُمَّ اسْتَوٰى عَلَى الْعَرْشِ ۛ اَلرَّحْمٰنُ فَسْـَٔلْ بِهٖ

خَبِيرًا ۝٥٩

তুংদা মহাকনা লৌখি আশন (শক্তিগী) কোইরেন ফম্বালথক্তা। থৌজালবিহৈবা অল্লাহনি। মরমদুনা হংঙু মহাক্কী মরমদা অখঙবা অমদা।

وَإِذَا قِيلَ لَهُمُ اسْجُدُوا لِلرَّحْمَٰنِ قَالُوا وَمَا الرَّحْمَٰنُ أَنَسْجُدُ لِمَا تَأْمُرُنَا وَزَادَهُمْ نُفُورًا ۝٦٠

৬১। অদুগা (অচুম্বা রাপাও থাজদবশিং) মখোইদা অসি হায়বা মতমদাঃ "সজদহ তৌ থৌজালবিহৈবা অল্লাহবু." মখোইনা হায়ঃ "কনানো থৌজালবিহৈবা অল্লাহদু? ঐখোইনা সজদহ হেক্তমক তৌগদ্রা নংনা হায়বা হায়বদু ঐখোইবু?" অদুগা (মখোইগী থকশি-খাশি নাইদবা)মসিনা হেনগৎহল্লি মখোইবু (অচুম্বা) পামদবা।

৬ শুবা রুকূ

تَبَارَكَ الَّذِي جَعَلَ فِي السَّمَاءِ بُرُوجًا وَجَعَلَ فِيهَا سِرَاجًا وَقَمَرًا مُنِيرًا ۝٦١

৬২। য়াইফখোল লৈবনি (অল্লাহ) মহাক্তি—মহাকনা শেম্লিখি থরানমিচাক মপৈ আসমান (মকোয়)দা অমসুং থম্লিখি মদুগী মনুংদা থাওমৈ অমা (নুংথিল চেংলৌ মিৎ ওইনা) অমসুং মঙাল য়াওবা থা অমা।

وَهُوَ الَّذِي جَعَلَ اللَّيْلَ وَالنَّهَارَ خِلْفَةً لِمَنْ أَرَادَ أَنْ يَذَّكَّرَ أَوْ أَرَادَ شُكُورًا ۝٦٢

৬৩। অদুগা মহাকননি শেম্লিখিবা অহিং অমসুং নুংথিল, অমনা অমগী তুং ইনহনবিদুনা, (কান্নবগী) অদুগুম্বা মীওইগী মহাকনা পামজে নীংশিঙবা অমসুং তৌবিমল খঙবা উৎপা (মহাক্কী মপুদা)।

وَعِبَادُ الرَّحْمَٰنِ الَّذِينَ يَمْشُونَ عَلَى الْأَرْضِ هَوْنًا وَإِذَا خَاطَبَهُمُ الْجَاهِلُونَ قَالُوا سَلَامًا ۝٦٣

৬৪। অদুগা থৌজালবিহৈবা মপুগী মনাইশিংদু অদুগুম্বা মীওইশিংনি মখোইদু চৎলি মালেমথক্তা নোল্লুকপগা লোয়ননা অমসুং (হৌন-শাজৎ খঙদবা) অপঙশিংনা ঙাঙলক-শকলকপদা, মখোইনা হায়ঃ "অঈংবা লৈহনবিসনু।"

وَالَّذِينَ يَبِيتُونَ لِرَبِّهِمْ سُجَّدًا وَقِيَامًا ۝٦٤

৬৫। অমসুং মখোইদু লেল্লি অহিংচুপ্পা মখোইগী মপুগী মমাংদা, সজদহ তৌদুনা অমসুং লেপ্তুনা (নমাজদা)।

وَالَّذِينَ يَقُولُونَ رَبَّنَا اصْرِفْ عَنَّا عَذَابَ جَهَنَّمَ إِنَّ عَذَابَهَا كَانَ غَرَامًا ۝٦٥

৬৬। অমসুং মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইগী মপুও! থৈদোকপিয়ু ঐখোইদগী রায়েল-চৈরাক নরক্কী; মরমদি মদুগী রায়েল-চৈরাক লেপনাইদবনি।

إِنَّهَا سَآءَتۡ مُسۡتَقَرّٗا وَمُقَامٗا ٦٦

৬৭। "তশেংবমক মদু ফত্তবা পোত্থাফমনি অমসুং লৈফমনি।"

وَٱلَّذِينَ إِذَآ أَنفَقُواْ لَمۡ يُسۡرِفُواْ وَلَمۡ يَقۡتُرُواْ وَكَانَ بَيۡنَ ذَٰلِكَ قَوَامٗا ٦٧

৬৮। অদুগা মখোইদু খরচ তৌবদা, শেল চাদিং পংতৌ তৌদে নত্তগা অরীকপা কৃপশু ওইদে তৌইগুম্বসুং লৌই ময়ায় ওইরম্পা ফিবম অমা অনিদুগী মরক্তা।

وَٱلَّذِينَ لَا يَدۡعُونَ مَعَ ٱللَّهِ إِلَٰهًا ءَاخَرَ وَلَا يَقۡتُلُونَ ٱلنَّفۡسَ ٱلَّتِي حَرَّمَ ٱللَّهُ إِلَّا بِٱلۡحَقِّ وَلَا يَزۡنُونَۚ وَمَن يَفۡعَلۡ ذَٰلِكَ يَلۡقَ أَثَامٗا ٦٨

৬৯। অদুগা মখোইনা কৌদে অতোপ্পা লাই কনামতবু লোয়নননা অল্লাহগা, নত্তগা হাত্তে মী অমতা অল্লাহনা থিংবিখ্রবদা নত্তনা অচুম্বা মরমগী, নত্তগা তৌদে নুপী লান্নবা ; তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা তৌরবদি ফংগনি রায়েল-চৈরাক পাপকী—

يُضَٰعَفۡ لَهُ ٱلۡعَذَابُ يَوۡمَ ٱلۡقِيَٰمَةِ وَيَخۡلُدۡ فِيهِۦ مُهَانًا ٦٩

৭০। রায়েল-চৈরাক পোৎমা ফংগনি মহাক কিয়ামত নুমিত্তা অমসুং মহাক লৈগনি মদুগী মনুংদা ঈকাই ফিরুক খুমদুনা।

إِلَّا مَن تَابَ وَءَامَنَ وَعَمِلَ عَمَلٗا صَٰلِحٗا فَأُوْلَٰٓئِكَ يُبَدِّلُ ٱللَّهُ سَيِّـَٔاتِهِمۡ حَسَنَٰتٖۗ وَكَانَ ٱللَّهُ غَفُورٗا رَّحِيمٗا ٧٠

৭১। নত্তনা মখোইদু (মপাপকী) নুংনাংবা ফোংদোকচরবা অমসুং অচুম্বা থাজরবা অমসুং লম্বীনরবা অফবা থবকশিং ; অসিগুম্বা মীওইশিংগী ফত্তবা থবকশিং অল্লাহনা ওন্থোকপিগনি অফবা থবকশিংদা ; করিনা হায়রবু অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবানি, নুংশিহৈবনি।

وَمَن تَابَ وَعَمِلَ صَٰلِحٗا فَإِنَّهُۥ يَتُوبُ إِلَى ٱللَّهِ مَتَابٗا ٧١

৭২। অদুগা (পুকচেন তিংনা) নুংনাংবা ফোংদোকচবা অমসুং অফবা থবকশিং খোঙফম্নবা মখোইদু তশেংনা পুকচেন হোংজরবনি অল্লাহদা (অচুম্বা) নুংনাংবগা লোয়নননা।

وَٱلَّذِينَ لَا يَشۡهَدُونَ ٱلزُّورَ وَإِذَا مَرُّواْ بِٱللَّغۡوِ مَرُّواْ كِرَامٗا ٧٢

৭৩। অদুগা মখোইনা পীদে মীনম্বা সাক্ষী, অমসুং মখোইনা থেংনরগা করিগুম্বা কান্নদবা পোৎ, মখোইনা লান্থোকই ইজ্জৎ লৈনা।

وَٱلَّذِينَ إِذَا ذُكِّرُواْ بِـَٔايَٰتِ رَبِّهِمۡ لَمۡ يَخِرُّواْ عَلَيۡهَا

৭৪। অদুগা মখোইদু—মখোইদা নীংশঙবদা মখোইগী মপুগী পাওজেনশিং, হাথু-হাথু তৌদে

صُمًّا وَّعُمْيَانًا۝

মনা পঙবা অমসুং মমিৎ তাংবগুম্না মদুদা।

وَالَّذِيْنَ يَقُوْلُوْنَ رَبَّنَا هَبْ لَنَا مِنْ اَزْوَاجِنَا وَ ذُرِّيّٰتِنَا قُرَّةَ اَعْيُنٍ وَّاجْعَلْنَا لِلْمُتَّقِيْنَ اِمَامًا۝

৭৫। অদুগা মখোইনা হায়ঃ ঐখোইগী মপুও! পীনবিয়ু ঐখোইবু ঐখোইগী ইতালোইশিংদা অমসুং ইচাশিংদা মিৎকী নুংঙাইবা (অমদি অপেনবা) অমসুং ওইহনবিয়ু ঐখোইবু নমুনহ ধর্ম্ম লম্বীনবশিংগীদমক।

اُولٰٓئِكَ يُجْزَوْنَ الْغُرْفَةَ بِمَا صَبَرُوْا وَيُلَقَّوْنَ فِيْهَا تَحِيَّةً وَّسَلٰمًا۝

৭৬। (শাজৎ-নুংচৎ হোংলবা অচুম্বা লম্বীনবা) মখোইসিবু পীবিগনি অৱাং-অৱাংবা মহল (স্বর্গ লৈকোম্নুংদা) মরমদি মখোই অখাং কম্লম্মী অমসুং মদুগী মনুংদা (ফরিশতহশিংনা) ওকপিগনি মখোইবু তরাম-তরামনা কৌদুনা অমসুং সলামগা লোয়ননা,

خٰلِدِيْنَ فِيْهَا حَسُنَتْ مُسْتَقَرًّا وَّمُقَامًا۝

৭৭। লৈগনি মদুগী মনুংদা (লোম্বা লৈতনা)। থোইদোক্লা নুংঙাইখ্রবা মফমনি মদু পোথানবগী অমসুং লৈনবগী।

قُلْ مَا يَعْبَؤُا بِكُمْ رَبِّيْ لَوْلَا دُعَآؤُكُمْ فَقَدْ كَذَّبْتُمْ فَسَوْفَ يَكُوْنُ لِزَامًا۝

৭৮। হায়য়ু (ধর্ম্ম চত্তবশিংদা)ঃ "ঐগী মপুনা করিসু য়েংশনবিরম্মোই নখোইগীদমক, নখোইনা খাজং থৌনি তৌবসিগী নৎলমদ্রবদি। নখোইনা তশেংনমক য়াদে (অচুম্বা ধর্ম্ম পাওজেল), মরমদুনা রায়েল-চৈরাক (হৌজিক) লাকলগনি (নখোইদা)।

سُورَةُ الشُّعَرَاءِ مَكِّيَّةٌ (٢٦)

সূরহ ২৬ — অল-শু'অরা

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২২৮ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। অশেংবা মপু, পোৎ পুম্নমক তাবা অমসুং ঙাৎথোইনা চীং-লেমখ্রবা মপু (তাহের, সমীঅ, মজীদ)।

طٰسٓمّٓ ②

৩। পুম্নমকসি শৈরেংশিংনি তশেং-তশেংবা কিতাবকী।

تِلْكَ اٰيٰتُ الْكِتٰبِ الْمُبِيْنِ ③

৪। মতা চারবদি নং শিনীংগনি নথরাই রাবনা মরমদি মখোই অচুম্বা থাজদে।

لَعَلَّكَ بَاخِعٌ نَّفْسَكَ اَلَّا يَكُوْنُوْا مُؤْمِنِيْنَ ④

৫। ঐখোইনা করিগুম্বা পামলমলবদি, ঐখোইনা ঙমলমগনি থাবা মখোইদা খুদম অমা আসমান্দগী, অদুনা মখোইগী মঙকশিং নোংথরমগনি মদুগী মমাংদা।

اِنْ نَّشَاْ نُنَزِّلْ عَلَيْهِمْ مِّنَ السَّمَآءِ اٰيَةً فَظَلَّتْ اَعْنَاقُهُمْ لَهَا خٰضِعِيْنَ ⑤

৬। অদুগা মখোইদা লাকখিদে অনৌবা নীংশিঙহনবা (কিতাব) অমা থৌজালবিহৈবা অল্লাহদগী, তৌইগুম্বসুং মখোই মমায় ওন্থোকখি মদুদগী।

وَمَا يَاْتِيْهِمْ مِّنْ ذِكْرٍ مِّنَ الرَّحْمٰنِ مُحْدَثٍ اِلَّا كَانُوْا عَنْهُ مُعْرِضِيْنَ ⑥

৭। তশেংবমক মখোইনা মরাল শীবিখ্রে মদু মীনম্বনি হায়না, তৌইগুম্বসুং থুনমক লাকলগনি মখোইদা পাওজেনশিং মখোইনা নোক্নরম্বা অদুগী।

فَقَدْ كَذَّبُوْا فَسَيَاْتِيْهِمْ اَنْۢبٰٓؤُا مَا كَانُوْا بِهٖ يَسْتَهْزِءُوْنَ ⑦

৮। মখোইনা য়েংদব্রা পৃথিবী (লৈমায়)দা, কয়া য়াম্না ফজখ্রবা পোৎ মখল খুদিং ঐখোইনা হৌহনবিখ্রবা মদুগী মনুংদা ?

اَوَلَمْ يَرَوْا اِلَى الْاَرْضِ كَمْ اَنْۢبَتْنَا فِيْهَا مِنْ كُلِّ زَوْجٍ كَرِيْمٍ ⑧

৯। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা, তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা অচুম্বা থাজদে।

اِنَّ فِيْ ذٰلِكَ لَاٰيَةً ۚ وَمَا كَانَ اَكْثَرُهُمْ مُّؤْمِنِيْنَ ⑨

১০। অদুগা তশেংবমক নংগী মপুদি পাঙ্গলবনি, নুংশিহৈবনি।

وَاِنَّ رَبَّكَ لَهُوَ الْعَزِيْزُ الرَّحِيْمُ ⑩

২ শুবা রুকূ

১১। অদুগা (নীংশিঙঙু) নংগী মপুনা কৌরকখি মুসাবু (অসি হায়দুনা) ঃ চৎলু অরানবা লম্বীনবা মীশিংদা—

وَاِذْ نَادٰى رَبُّكَ مُوْسٰٓى اَنِ ائْتِ الْقَوْمَ الظّٰلِمِيْنَ ۝١٠

১২। ফিরঔনগী মীশিংদা। মখোই ভক্তি কৎলোইদ্রা অল্লাহদা ?

قَوْمَ فِرْعَوْنَ ؕ اَلَا يَتَّقُوْنَ ۝١١

১৩। মহাকনা হায়খি ঃ "ঐগী মপুও! ঐ তশেংবমক কিজেএ মখোইনা তৌবিগনি ঐবু লৌশিং মীনম লাংথাকপা অমা ওইনা।

قَالَ رَبِّ اِنِّيْٓ اَخَافُ اَنْ يُّكَذِّبُوْنِ ۝١٢ؕ

১৪। "অদুগা ঐগী থবাকসে ইখু-খুজিল্লি অমসুং ঐগী লৈতোনসু রা ঙাঙবদা ইপন-পল্লি ; মরমদুনা হুকুম থাবিয়ু হারুন্দা (ঐবু তেংবাংনবগী)।

وَيَضِيْقُ صَدْرِيْ وَلَا يَنْطَلِقُ لِسَانِيْ فَاَرْسِلْ اِلٰى هٰرُوْنَ ۝١٣

১৫। "অদুগা (অসিতা নত্তনা) মখোইনা মরাল শীখিবা অমা লৈ ঐগী ইথক্তা, মরমদুনা ঐ কিজে মখোইনা হাৎপিনি ঐবু।"

وَلَهُمْ عَلَيَّ ذَنْۢبٌ فَاَخَافُ اَنْ يَّقْتُلُوْنِ ۝١٤ۚ

১৬। অল্লাহনা হায়বিখি ঃ "মদু তৌবা শুকয়া-য়ারোই। মরমদুনা চৎলু নখোই অনিমক লোয়ননা ঐখোইগী খুদমশিংগা ; ঐখোই তশেংনা লোয়নবিরি নখোইগা (অমসুং) তাবি (নখোইনা ঙাঙনবা পুম্নমক)।

قَالَ كَلَّا ۚ فَاذْهَبَا بِاٰيٰتِنَآ اِنَّا مَعَكُمْ مُّسْتَمِعُوْنَ ۝١٥

১৭। "মরমদুনা চৎলু ফিরঔনগী মনাক্তা অমসুং হায়য়ু ঃ তশেংবমক ঐখোই রসুলশিংনি সংসার পুম্নমক্কী মপুগী মায়কৈদগী,

فَاْتِيَا فِرْعَوْنَ فَقُوْلَآ اِنَّا رَسُوْلُ رَبِّ الْعٰلَمِيْنَ ۝١٦ۙ

১৮। "(হায়বা লাকলিবনি নংঙোন্দা) থাবিয়ু ইস্রাঈল মচাশিংবু লোয়ননা ঐখোইগা।"

اَنْ اَرْسِلْ مَعَنَا بَنِيْٓ اِسْرَآءِيْلَ ۝١٧ؕ

১৯। ফিরঔন্না হায়খি ঃ "ঐখোইনা নাওয়োক-পিখিবা নত্তব্রা নংবু ঐখোইগী ইরক্তা অঙাং অমা ওইনা ? অদুগা নং লৈরমখ্রে ঐখোইগী ইরক্তা চহি কয়া নংগী পুন্সিগী।

قَالَ اَلَمْ نُرَبِّكَ فِيْنَا وَلِيْدًا وَّلَبِثْتَ فِيْنَا مِنْ عُمُرِكَ سِنِيْنَ ۝١٨ۙ

২০। "অদুগা নংনা তৌখি থবক অমা (মী হাৎপগী) মদু নং(নশা)না তৌখিবনি অমসুং নং (অমনি) তৌবিমল খঙদবশিংগী।"

وَفَعَلْتَ فَعْلَتَكَ الَّتِيْ فَعَلْتَ وَاَنْتَ مِنَ الْكٰفِرِيْنَ ۝١٩

২১। মুসানা হায়খিঃ "ঐনা তৌখি মদু (খঙহৌদবা থৌদোক অমদা) মতমদুদা ঐ ওইরম্মী (অমা) লম্মুক্কবশিংগী।

قَالَ فَعَلْتُهَآ إِذًا وَّأَنَا مِنَ الضَّآلِّينَ ﴿٢١﴾

২২। "মরমদুনা ঐনা চেনখি নংঙোন্দগী ঐনা কিখিবনা নহাকপু, অদুগী তুংদা ঐগী মপুনা পীবিখ্রে ঐবু (অচুম্বা) ৱায়েল (ঐ করিমতা লান্দে মীদু হাৎখিবদা) অমসুং শেম্বিখ্রে ঐবু (অমা) রসুলশিংগী।

فَفَرَرْتُ مِنكُمْ لَمَّا خِفْتُكُمْ فَوَهَبَ لِى رَبِّى حُكْمًا وَّجَعَلَنِى مِنَ الْمُرْسَلِينَ ﴿٢٢﴾

২৩। অদুগা (ঐনা নাৱা ওইরিঙেদা) নহাকনা চানবিখি হায়বিদুনা করেম্নবিরি ঐবু; অদুনা মরম্নদুনা (হৌজিক) নহাক (অমসুং নহাক্কী মীশিং)না তয়ুম নাই ওইহনবিখ্রে ইস্রাঈল মচাশিংবু।"

وَتِلْكَ نِعْمَةٌ تَمُنُّهَا عَلَىَّ أَنْ عَبَّدتَّ بَنِىٓ إِسْرَٰٓءِيلَ ﴿٢٣﴾

২৪। ফিরঔন্না হায়খিঃ "অদুগা করিনো সংসার পুম্নমক্কী মপু হায়বদি ?"

قَالَ فِرْعَوْنُ وَمَا رَبُّ الْعَٰلَمِينَ ﴿٢٤﴾

২৫। মুসানা হায়খিঃ "আসমান অমসুং পৃথিবী অমসুং অনিগী মরক্তা লৈবা পুম্নমক্কী মপুবুনি, নখোইনা করিগুম্বা থাজরবদি।"

قَالَ رَبُّ السَّمَٰوَٰتِ وَالْأَرْضِ وَمَا بَيْنَهُمَآ إِن كُنتُم مُّوقِنِينَ ﴿٢٥﴾

২৬। ফিরঔন্না হায়খি মহাক্কী অকোয়বদা লৈরম্বশিংদাঃ "নখোইবু তাদব্রা (অসুক নুংঙাইবা ৱাতা অসিবু) ?"

قَالَ لِمَنْ حَوْلَهُۥٓ أَلَا تَسْتَمِعُونَ ﴿٢٦﴾

২৭। মুসানা (মহাক্কী ৱারোলদু চেৎহন্নবা) হায়খিঃ "(মহাক) নখোইগী মপুনি অমসুং মপুনি নখোইগী থাইনগী নপা-নপুশিংগীসু।"

قَالَ رَبُّكُمْ وَرَبُّ ءَابَآئِكُمُ الْأَوَّلِينَ ﴿٢٧﴾

২৮। ফিরঔন্না হায়খিঃ "তশেংবমক নখোইগী রসুল নখোইদা থাবিরকলিবা অসি অঙাওবনি।"

قَالَ إِنَّ رَسُولَكُمُ الَّذِىٓ أُرْسِلَ إِلَيْكُمْ لَمَجْنُونٌ ﴿٢٨﴾

২৯। মুসানা হায়খিঃ (মহাক্তি) মপুনি নোংপোক অমসুং নোংচুপকী অমসুং অনিগী মরক্তা লৈবশিংগী(সু), নখোইনা করিগুম্বা খঙলবদি।

قَالَ رَبُّ الْمَشْرِقِ وَالْمَغْرِبِ وَمَا بَيْنَهُمَآ إِن كُنتُمْ تَعْقِلُونَ ﴿٢٩﴾

৩০। ফিরঔন্না হায়খিঃ "(হে মুসা!) নংনা করিগুম্বা লৌরবদি অতোপ্পা খোয়ম লাই অমা ঐ নত্তনা, ঐনা শোয়দনমক থম্বিগনি নংবু মরক্তা বন্দীশিংগী।"

قَالَ لَئِنِ اتَّخَذْتَ إِلَٰهًا غَيْرِى لَأَجْعَلَنَّكَ مِنَ الْمَسْجُونِينَ ﴿٣٠﴾

৩১। মুসানা হায়খি ঃ "করি! (নংবু য়ারোই হায়রিব্রা জগৎকী মপুবু) ঐনা পুরকখ্রবা ফাওবদা তশেং-তশেংবা পোৎ খরা (খুদম ওইনা ঐগী মপুদগী) ?"

قَالَ اَوَلَوْ جِئْتُكَ بِشَيْءٍ مُّبِيْنٍ ۝

৩২। ফিরঔন্না হায়খি ঃ "অদু ওইরবদি, পুরকও মদু, নংনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।"

قَالَ فَاْتِ بِهٖۤ اِنْ كُنْتَ مِنَ الصّٰدِقِيْنَ ۝

৩৩। মতমদুদা (মুসা) মহাকনা লংথোকখি মহাক্কী পায়্‌নচৈশু অমসুং য়েংউ! মদু ওইখি শেংনা-লানা উরবা লিন অমা।

فَاَلْقٰى عَصَاهُ فَاِذَا هِيَ ثُعْبَانٌ مُّبِيْنٌ ۝

৩৪। অদুগা মহাকনা তিংথোরকখি মহাক্কী মখুৎ (শেগ্রাক্তা লোৎশিন্দুনা থরম্বদগী), অদুনা য়েংউ! মদু ঙৌশ্রোক ঙৌনা উখি অয়েংবশিংদা।

وَّنَزَعَ يَدَهٗ فَاِذَا هِيَ بَيْضَآءُ لِلنّٰظِرِيْنَ ۝

৩ শুবা রুকূ

৩৫। ফিরঔন্না হায়খি মহাক্কী অকোয়বদা লৈরম্বা অঙম্বশিংদা ঃ মসি তশেংনা হৈ-শিংলবা জাদুগরনি।

قَالَ لِلْمَلَاِ حَوْلَهٗۤ اِنَّ هٰذَا لَسٰحِرٌ عَلِيْمٌ ۝

৩৬। মহাকনা তাথোকপিনীংই নখোইবু নখোইগী নরমদগী মহাক্কী জাদুনা। হৌজিক নখোইগী করি পাওতাকনো ?

يُّرِيْدُ اَنْ يُّخْرِجَكُمْ مِّنْ اَرْضِكُمْ بِسِحْرِهٖ ۖ فَمَاذَا تَاْمُرُوْنَ ۝

৩৭। মখোইনা হায়খি ঃ মতম খরা য়েথোক্কুনা থমখো মহাকপু অমসুং মহাক্কী ময়াম্ববু অমসুং থাবিয়ু পাওজেনবা মী শহরশিংদা.

قَالُوْۤا اَرْجِهْ وَاَخَاهُ وَابْعَثْ فِي الْمَدَآئِنِ حٰشِرِيْنَ ۝

৩৮। অদুনা মখোইনা পুরক্কবা নহাক্কী ননাক্তা মহৈ য়াম্না হৈবা জাদুগর পুম্নমক।

يَاْتُوْكَ بِكُلِّ سَحَّارٍ عَلِيْمٍ ۝

৩৯। মরমদুনা জাদুগরশিং পুল্লপ্পা খোমজিনখি অকক্কবা পুংফমদা লেপখিবা নুমিৎকী (চাং য়েংনগদৌবগী).

فَجُمِعَ السَّحَرَةُ لِمِيْقَاتِ يَوْمٍ مَّعْلُوْمٍ ۝

৪০। অমসুং মীশিংদসু অসি হায়খি ঃ "নখোই(সু) তিনগদ্রা পুল্লপ্পা (য়েংনবগী থেংনবদু) ?

وَّقِيْلَ لِلنَّاسِ هَلْ اَنْتُمْ مُّجْتَمِعُوْنَ ۝

৪১। "অদুনা ঐখোইনা তুং ইনজনবা জাদুগরশিংগী. মখোইনা করিগুম্বা জয় ওইরবদি (লাম্বানবদা মুসাগা)।"

لَعَلَّنَا نَتَّبِعُ السَّحَرَةَ اِنْ كَانُوْا هُمُ الْغٰلِبِيْنَ ۝

فَلَمَّا جَآءَ السَّحَرَةُ قَالُوْا لِفِرْعَوْنَ اَئِنَّ لَنَا لَاَجْرًا اِنْ كُنَّا نَحْنُ الْغٰلِبِيْنَ ۝٤٢

৪২। মরমদুনা জাদুগরশিংনা লাকখ্রবা মতমদা, মখোয়না হায়খি ফিরঔন্দা ঃ "ঐখোই মনা-মথিন ফংগদ্রা ঐখোইনা ওইরবদি অঙম্বশিং ?"

قَالَ نَعَمْ وَاِنَّكُمْ اِذًا لَّمِنَ الْمُقَرَّبِيْنَ ۝٤٣

৪৩। ফিরঔন্না হায়খি ঃ "হোই, অমসুং (মনা-মথিন ফংবদা নত্তনা) নখোই শোয়দনমক ওইগনি মনাক নকপশিং (ঐগী)।"

قَالَ لَهُمْ مُّوْسٰٓى اَلْقُوْا مَآ اَنْتُمْ مُّلْقُوْنَ ۝٤٤

৪৪। মুসানা হায়খি মখোইদা (থেংনরমদাইি পুংজাদা) ঃ "হৌজিক হুল্লু নখোইনা হুনগদবদু।"

فَاَلْقَوْا حِبَالَهُمْ وَعِصِيَّهُمْ وَقَالُوْا بِعِزَّةِ فِرْعَوْنَ اِنَّا لَنَحْنُ الْغٰلِبُوْنَ ۝٤٥

৪৫। মরমদুনা মখোইনা হুনখি মখোইগী থৌরীশিং অমসুং চৈশুশিং, অমসুং হায়খি ঃ "ফিরঔনগী ইজ্জৎতগী, ঐখোই শোয়দনমক ওইগনি অঙম্বা।"

فَاَلْقٰى مُوْسٰى عَصَاهُ فَاِذَا هِىَ تَلْقَفُ مَا يَاْفِكُوْنَ ۝٤٦

৪৬। মতমদুদা মুসানা (মহাক্কী লেং তারকপদা) হুন্দোকখি মহাক্কী পায়নাচৈশু, অমসুং য়েংউ! মদুনা (লিনজাও অমা ওল্লগা তান্ন-তান্নদুনা) কুৎ-কুৎ য়োংখি মখোইনা জাল তৌখিবশিংদু।

فَاُلْقِىَ السَّحَرَةُ سٰجِدِيْنَ ۝٤٧

৪৭। অদুগী মতমদা জাদুগরশিংদু নগুবগৎ কৎখি।

قَالُوْٓا اٰمَنَّا بِرَبِّ الْعٰلَمِيْنَ ۝٤٨

৪৮। মখোইনা হায়খি ঃ "ঐখোই থাজরে সংসার পুম্নমক্কী মপুদা,

رَبِّ مُوْسٰى وَهٰرُوْنَ ۝٤٩

৪৯। "মপুদা মুসা অমসুং হারুনগী।"

قَالَ اٰمَنْتُمْ لَهٗ قَبْلَ اَنْ اٰذَنَ لَكُمْ اِنَّهٗ لَكَبِيْرُكُمُ الَّذِىْ عَلَّمَكُمُ السِّحْرَ فَلَسَوْفَ تَعْلَمُوْنَ لَاُقَطِّعَنَّ اَيْدِيَكُمْ وَاَرْجُلَكُمْ مِّنْ خِلَافٍ وَّلَاُوصَلِّبَنَّكُمْ اَجْمَعِيْنَ ۝٥٠

৫০। (ফিরঔনগী অশাউবা ফ্রং হাইগৎলক্লুনা) মহাকনা হায়খি ঃ "নখোই হেক্তমক থাজখ্রেদনা মঙোন্দা ঐনা ইয়াথং পীদরিঙৈ মমাংদা নখোইবু ? তশেংবমক মহাক নখোইগী লুচিংবনি—মহাকনা তম্বিখিবনি নখোইবু জাদু। মরমদুনা নখোই থুনা খঙলগনি (মহে মদুগী)। ঐনা শোয়দনমক ককথৎপিগনি নখোইগী নখুৎশিং অমসুং নখোঙশিং নাকল অমমমদা ওন্ন-ওন্ননা অমসুং ঐনা শোয়দনমক য়ানবিগনি নখোই পুম্নমকপু উ-কারল মথক্তা।"

قَالُوْا لَا ضَيْرَ اِنَّآ اِلٰى رَبِّنَا مُنْقَلِبُوْنَ ۝٥١

৫১। মখোইনা হায়খি ঃ "করিসু কিনডাই লৈতে ; তশেংবমক ঐখোই হনজিনগনি ঐখোইগী মপুদা।

৫২। "থাঙ্গৈমকশেংনা ঐখোইনা আশা তৌই ঐখোইগী মপুনা কোকপিগনি ঐখোইগী ইপাপশিং, মরমদি ঐখোইনা অহানবনি অচুম্বা থাজবশিংগী মরক্তা।"

إِنَّا نَطْمَعُ أَن يَغْفِرَ لَنَا رَبُّنَا خَطَايَانَا أَن كُنَّا أَوَّلَ الْمُؤْمِنِينَ ﴿٥١﴾ ع

৪ শুবা রুকূ

৫৩। অদুগা ঐখোইনা তাকপিখি মুসাদা (অসি হায়দুনা) ঃ "পুদুনা চৎল্লো ঐগী ইনাইশিংবু অহিং তাংলৌদা, নংবু শোয়দনমক তান্নরক্কনি (ফিরঔন্না)।

وَأَوْحَيْنَا إِلَىٰ مُوسَىٰ أَنْ أَسْرِ بِعِبَادِي إِنَّكُم مُّتَّبَعُونَ ﴿٥٢﴾

৫৪। ইস্রাঈল মচাশিং চেনখ্রে হায়বা পাও তাবদা) ফিরঔন্না থাখি পাও লাউথোক্লবা মীশিং শহর পুম্নমক্তা (অসি হায়দুনা) ঃ

فَأَرْسَلَ فِرْعَوْنُ فِي الْمَدَائِنِ حَاشِرِينَ ﴿٥٣﴾

৫৫। "মখোই তশেংনা মশিং য়ামদবা খুৎপু অমনি,"

إِنَّ هَٰؤُلَاءِ لَشِرْذِمَةٌ قَلِيلُونَ ﴿٥٤﴾

৫৬। "অমসুং মখোইনা শাউহনবিখ্রে ঐখোইবু,"

وَإِنَّهُمْ لَنَا لَغَائِظُونَ ﴿٥٥﴾

৫৭। "অমসুং ঐখোইদি ময়ামনি (মতম-পুম্বদা শেম-শাদুনা লৈবনি অমসুং) চেকশিনবনি।"

وَإِنَّا لَجَمِيعٌ حَاذِرُونَ ﴿٥٦﴾

৫৮। মরমদুনা ঐখোইনা তাথোকপিখি (ফিরঔন কাংলুপ) মখোইবু (ফজত্রবা) হৈকোন-লৈকোনশিংদগী অমসুং (নিংথীজত্রবা) ঈফুৎশিংদগী,

فَأَخْرَجْنَاهُم مِّن جَنَّاتٍ وَعُيُونٍ ﴿٥٧﴾

৫৯। অমসুং পুক্কে-লনকৈশিংদগী অমসুং ঈকাইখুম্নঙাই মশক ওইত্রবা লৈফমশিংদগী।

وَكُنُوزٍ وَمَقَامٍ كَرِيمٍ ﴿٥٨﴾

৬০। অসুম্না ওইখি। অদুগা ঐখোইনা পীবিখ্রে মখোইবু স্বত্ব ওইনা ইস্রাঈল মচাশিংদা।

كَذَٰلِكَ وَأَوْرَثْنَاهَا بَنِي إِسْرَائِيلَ ﴿٥٩﴾

৬১। অদুগী তুংদা (ফিরঔন কাংবু) মখোইনা তান্নখি (ইস্রাঈলশিং) মখোইবু ইনুং ঙাল্লকপদা।

فَأَتْبَعُوهُم مُّشْرِقِينَ ﴿٦٠﴾

৬২। অদুনা কাংবু অনিদু অমনা অমবু মশক উরকপদা, মুসাগী লোয়নবশিংনা হায়খি ঃ "ঐখোইবু শোয়দনমক তান্নদুনা ফারগনি (মীয়াম্না)।"

فَلَمَّا تَرَاءَى الْجَمْعَانِ قَالَ أَصْحَابُ مُوسَىٰ إِنَّا لَمُدْرَكُونَ ﴿٦١﴾

قَالَ كَلَّا ۖ إِنَّ مَعِيَ رَبِّي سَيَهْدِينِ

৬৩। মুসানা হায়খিঃ "মদু ওইথোক্তে! ঐগী মপুনা লোয়নবিরি ঐবু। মহাকনা চিংবিগনি ঐবু চুমদ্রিংনা।"

فَأَوْحَيْنَا إِلَىٰ مُوسَىٰ أَنِ اضْرِب بِّعَصَاكَ الْبَحْرَ ۖ فَانفَلَقَ فَكَانَ كُلُّ فِرْقٍ كَالطَّوْدِ الْعَظِيمِ

৬৪। মসিগী মতুংদা ঐখোইনা তাকপিখি মুসাদা (অসি হায়দুনা)ঃ "ফু সমুদ্র (ঈমায়থক্তা) নংগী পায়নাচেশুনা।" মরমদুনা (মহাকনা ফুখিবদা) মদু (তংখায়) খায়দোকখি অমসুং শরুক খুদিং ওইখি অচৌবা চীংগুম।

وَأَزْلَفْنَا ثَمَّ الْآخَرِينَ

৬৫। অদুগা ঐখোইনা পুরকখি অতোপ্পা (মিসরী কাণ্ডবু)দু মফম অদুদা।

وَأَنجَيْنَا مُوسَىٰ وَمَن مَّعَهُ أَجْمَعِينَ

৬৬। অদুগা ঐখোইনা কনবিখি মুসা অমসুং মহাক্কা লোয়নখিবশিংদু।

ثُمَّ أَغْرَقْنَا الْآخَرِينَ

৬৭। অদুগী তুংদা ঐখোইনা ঈরাকশিনহনবিখি অতোপ্পা (মিসরী কাণ্ডবু)দু।

إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَةً ۖ وَمَا كَانَ أَكْثَرُهُم مُّؤْمِنِينَ

৬৮। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা (রাখল তৌনবগী), তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা অচুম্বা থাজদে।

وَإِنَّ رَبَّكَ لَهُوَ الْعَزِيزُ الرَّحِيمُ

৬৯। অদুগা তশেংবমক নংগী মপু—মহাক্তি পাঙ্গলবনি, নুংশি-হৈবনি।

৫ শুবা রুকূ

وَاتْلُ عَلَيْهِمْ نَبَأَ إِبْرَاهِيمَ

৭০। অদুগা লীবিয়ু (নংগী য়েক্লবশিং) মখোইদা ইব্রাহীমগী রারী।

إِذْ قَالَ لِأَبِيهِ وَقَوْمِهِ مَا تَعْبُدُونَ

৭১। মহাকনা হায়খি মহাক্কী মপাবুংদা অমসুং মহাক্কী মীশিংদাঃ "করি পোৎপু নখোইনা খুরুম-খাজংবগে?"

قَالُوا نَعْبُدُ أَصْنَامًا فَنَظَلُّ لَهَا عَاكِفِينَ

৭২। মখোইনা পাওখুমখিঃ "ঐখোইনা পুজা তৌই লাইগী মূর্তিশিংগী অমসুং ঐখোই পুকনিং লুপশিনজে মখোইদা।"

قَالَ هَلْ يَسْمَعُونَكُمْ إِذْ تَدْعُونَ

৭৩। মহাকনা হায়খিঃ "মখোইনা তাব্রা নখোইনা কৌবদা (মখোইবু)?

أَوْ يَنفَعُونَكُمْ أَوْ يَضُرُّونَ

৭৪। নত্রগা মখোইনা পীব্রা কান্নবা নত্রগা অমাংবা থোকহনব্রা নখোইদা?"

قَالُوْا بَلْ وَجَدْنَآ اٰبَآءَنَا كَذٰلِكَ يَفْعَلُوْنَ ۝٧٤

৭৫। মখোইনা পাওখুমখি ঃ "মদু নত্তে, তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা ফংখি ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংনা অসুম্না তৌখিবা।"

قَالَ اَفَرَءَيْتُمْ مَّا كُنْتُمْ تَعْبُدُوْنَ ۝٧٥

৭৬। মহাকনা হায়খি ঃ "নখোই উরব্রা (তশেংবা মতৌ) নখোইনা পূজা তৌরিবদুগী"—

اَنْتُمْ وَاٰبَآؤُكُمُ الْاَقْدَمُوْنَ ۝٧٦

৭৭। নখোই অমসুং নখোইগী থাইনগী নপা-নপুশিংনা।

فَاِنَّهُمْ عَدُوٌّ لِّيْٓ اِلَّا رَبَّ الْعٰلَمِيْنَ ۝٧٧

৭৮। "তশেংবমক মখোই য়েক্লবশিংনি ঐঙোন্দা, নত্তনা সংসার পুম্নমক্কী মপুদো ;"

الَّذِيْ خَلَقَنِيْ فَهُوَ يَهْدِيْنِ ۝٧٨

৭৯। "মহাকনা শেম্বিখি ঐবু, অদুগী তুংদা মহাকনা লমজিংবি ঐবু ;

وَالَّذِيْ هُوَ يُطْعِمُنِيْ وَيَسْقِيْنِ ۝٧٩

৮০। "অদুগা মহাকনা পিজবি ঐবু অমসুং পিথকই ঐবু ;"

وَاِذَا مَرِضْتُ فَهُوَ يَشْفِيْنِ ۝٨٠

৮১। "অমসুং ঐনা নারবা মতমদা, মহাকনা নাবা ফহনবি ঐবু ;"

وَالَّذِيْ يُمِيْتُنِيْ ثُمَّ يُحْيِيْنِ ۝٨١

৮২। "অমসুং মহাকনা শিহনবিগনি ঐবু, অদুগী তুংদা অমুকহন্না হিংগৎহনবিগনি ঐবু ;"

وَالَّذِيْٓ اَطْمَعُ اَنْ يَّغْفِرَ لِيْ خَطِيْٓـئَتِيْ يَوْمَ الدِّيْنِ ۝٨٢

৮৩। "অমসুং ঐনা আশা তৌই মহাকনা কোকপিগনি ঐগী অরানবশিং রায়েল বিচারগী নুমিত্তা।"

رَبِّ هَبْ لِيْ حُكْمًا وَّاَلْحِقْنِيْ بِالصّٰلِحِيْنَ ۝٨٣

৮৪। "ঐগী মপুও ! পীনবিয়ু ঐবু জ্ঞান অমসুং তিন্নহনবিয়ু ঐবু ধর্ম্ম লৈবশিংগা ;"

وَاجْعَلْ لِّيْ لِسَانَ صِدْقٍ فِي الْاٰخِرِيْنَ ۝٨٤

৮৫। "অমসুং পীনবিয়ু ঐবু অফবা (অমসুং লোম্বা লৈতবা) মিংচৎ চারোন-শুরোনশিংগী মরক্তা ;"

وَاجْعَلْنِيْ مِنْ وَّرَثَةِ جَنَّةِ النَّعِيْمِ ۝٨٥

৮৬। "অমসুং ওইহনবিয়ু ঐবু স্বত্ব ফংবা থোইদোক্লা নুংঙাইগ্রবা হৈকোন-লৈকোনগী ;"

وَاغْفِرْ لِاَبِيْٓ اِنَّهٗ كَانَ مِنَ الضَّآلِّيْنَ ۝٨٦

৮৭। "অমসুং কোকপিয়ু ঐগী ইপাবুং (আজর)বু, থাঙ্গৈমকশেংনা মহাক্তি (অমনি) লম্মুক্কগ্রবশিংগী ;"

৮৮। "অমসুং চোপহনবিগনু ঐবু নুমিৎ অদুদা (মীওইবশিং) মখোইবু শিবদগী অমুক হিংগৎ-হনবিগদবা :"

وَلَا تُخْزِنِي يَوْمَ يُبْعَثُونَ

৮৯। "নুমিৎ অদুদা কান্নবা করিসু পীরোই লন-থুম্মা নত্তুগা মচা পিবাশিংনা ;"

يَوْمَ لَا يَنفَعُ مَالٌ وَلَا بَنُونَ

৯০। "নত্তনা মহাকদু অমাং-অশোয়-য়াওদবা থম্মোই পুরকপা অল্লাহগী মনাক্তা।"

إِلَّا مَنْ أَتَى اللَّهَ بِقَلْبٍ سَلِيمٍ

৯১। অদুগা স্বর্গ লৈকোন্দু নকশিনহনবিগনি ধর্ম্ম কায়দবশিংদা,

وَأُزْلِفَتِ الْجَنَّةُ لِلْمُتَّقِينَ

৯২। অমসুং যম লৈবাক হাংদোকপিগনি লম্বী শেরান্নবশিংদা।

وَبُرِّزَتِ الْجَحِيمُ لِلْغَاوِينَ

৯৩। অমসুং মখোইদা হায়বিগনিঃ কদায়দা চৎথ্রবগে নখোইনা ঈরাৎ-পুজা তৌরম্বশিংদু—

وَقِيلَ لَهُمْ أَيْنَمَا كُنتُمْ تَعْبُدُونَ

৯৪। হেন্দোক্না অল্লাহদগী? মখোইনা ঙম্না তেংবাংবা নখোইবু নত্তুগা তেংবাংজবা মশামকপু?

مِن دُونِ اللَّهِ هَلْ يَنصُرُونَكُمْ أَوْ يَنتَصِرُونَ

৯৫। মরমদুনা মখোইবু হুনজিনবিগনি করোংচাক য়ুংনা (মৈকোম) মনুং অদুদা, (ঈরাৎখিবা লাইশিং) মখোই অমসুং লম-শেরান্নখিবশিং মখোইদুসু :

فَكُبْكِبُوا فِيهَا هُمْ وَالْغَاوُونَ

৯৬। অদুগা ইবলিসকী লান্মী কাঙলুপসু, লোয়নমক পুন্নপ পুন্না (চঙগনি যম লৈবাক্তা)।

وَجُنُودُ إِبْلِيسَ أَجْمَعُونَ

৯৭। মখোইনা হায়গনি, মখোই মশেল মহে-মহে খৎনরিঙৈদা মনুং অদুদা ঃ

قَالُوا وَهُمْ فِيهَا يَخْتَصِمُونَ

৯৮। "অল্লাহগী কসম! ঐখোই তশেং-তশেংনা লম্মুক্লরম্মী,"

تَاللَّهِ إِن كُنَّا لَفِي ضَلَالٍ مُّبِينٍ

৯৯। "মদু তৌবা মতমদা ঐখোইনা মত চেল্লম্মী নখোইবু মান্ননা সংসার পুম্নমক্কী মপুগা।"

إِذْ نُسَوِّيكُم بِرَبِّ الْعَالَمِينَ

১০০। "অদুগা (হৌজিক ঐখোইনা উরে) কনামতনা লম্মুক্লহনবিখিদে ঐখোইবু মরাল লৈরবশিং নত্তনা।

وَمَا أَضَلَّنَا إِلَّا الْمُجْرِمُونَ

فَمَا لَنَا مِنْ شَافِعِيْنَ ۝١٠٠

১০১। "মরমদুনা (হৌজিক) ঐখোইগী রানোম্বীবা মী কনাসু লৈতে."

وَلَا صَدِيْقٍ حَمِيْمٍ ۝١٠١

১০২। "নত্ত্রগা লৈতে চান্নরবা মরূপ কনামতা।"

فَلَوْ اَنَّ لَنَا كَرَّةً فَنَكُوْنَ مِنَ الْمُؤْمِنِيْنَ ۝١٠٢

১০৩। "আঃ (হৌজিক) ঐখোইনা করিগুম্বা হনবা য়ারমলবদি (সংসারদা), ঐখোই ওইরমগনি মরক্তা অচুম্বা থাজবশিংগী।"

اِنَّ فِيْ ذٰلِكَ لَاٰيَةً ۗ وَمَا كَانَ اَكْثَرُهُمْ مُّؤْمِنِيْنَ ۝١٠٣

১০৪। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা (রাখল তৌনবগী), তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা অচুম্বা থাজদে।

وَاِنَّ رَبَّكَ لَهُوَ الْعَزِيْزُ الرَّحِيْمُ ۝١٠٤

১০৫। অদুগা তশেংবমক নংগী মপু—মহাক্তি পাঙ্গলবনি, নুংশিহৈবনি।

৬ শুবা রুকূ

كَذَّبَتْ قَوْمُ نُوْحِ ِۨالْمُرْسَلِيْنَ ۝١٠٥

১০৬। নুহগী মীশিংনা তৌবিখি (মখোইগী) রসুলশিংবু লৌশিং মীনম লাংথাকপশিংনি হায়না:

اِذْ قَالَ لَهُمْ اَخُوْهُمْ نُوْحٌ اَلَا تَتَّقُوْنَ ۝١٠٦

১০৭। মখোইগী মচিন মনাও নুহনা হায়খি মখোইদা: "নখোই ধর্ম্ম লম্বীনরোই হায়রব্রা?"

اِنِّيْ لَكُمْ رَسُوْلٌ اَمِيْنٌ ۝١٠٧

১০৮। "তশেংবমক ঐসে থাজবা য়াবা রসুল অমনি নখোইদা."

فَاتَّقُوا اللّٰهَ وَاَطِيْعُوْنِ ۝١٠٨

১০৯। "মরমদুনা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং ঐনা হায়বা ইল্লু;"

وَمَاۤ اَسْـَٔلُكُمْ عَلَيْهِ مِنْ اَجْرٍ ۚ اِنْ اَجْرِيَ اِلَّا عَلٰى رَبِّ الْعٰلَمِيْنَ ۝١٠٩

১১০। "অদুগা ঐনা হায়দে নখোইদা মনা-মথিন পীয়ু (ঐনা ধর্ম্ম পাওতাকপগী নখোইদা); ঐগী মনা-মথিন্দি লৈ মনাক্তা সংসার পুম্নমক্কী মপুগী।"

فَاتَّقُوا اللّٰهَ وَاَطِيْعُوْنِ ۝١١٠

১১১। "মরমদুনা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং ঐনা হায়বা ইল্লু।"

قَالُوْۤا اَنُؤْمِنُ لَكَ وَاتَّبَعَكَ الْاَرْذَلُوْنَ ۝١١١

১১২। মখোইনা হায়খি: "ঐখোইনা থাজসিরা নংবু ত্তোল্লবশিংতনা নংগী তুং ইল্লগা?"

১১৩। মহাকনা পাওখুমখি ঃ "ঐনা করি খঙগনি মখোইনা করি করি লম্বীনরম্বা (মমাংগী মপুন্সিদা) ?"

قَالَ وَمَا عِلْمِي بِمَا كَانُوا يَعْمَلُونَ ﴿١١٢﴾

১১৪। "মখোইগী হিসাবদি ঐগী মপুগী থবকনি, নখোইনা করিগুম্বা খঙলবদি !"

إِنْ حِسَابُهُمْ إِلَّا عَلَىٰ رَبِّي لَوْ تَشْعُرُونَ ﴿١١٣﴾

১১৫। "অদুগা ঐনা হেক্তা তাথোক্কদবা নত্তে ঈমান্দারশিংবু (নখোইনা থীনা ঙাঙ-শকলগা)।"

وَمَا أَنَا بِطَارِدِ الْمُؤْمِنِينَ ﴿١١٤﴾

১১৬। "ঐদি তশেং-তশেংবা চেকশন্নবা হায়বিবা মীনি।"

إِنْ أَنَا إِلَّا نَذِيرٌ مُبِينٌ ﴿١١٥﴾

১১৭। মখোইনা হায়খি ঃ "নংনা তোক্ত্রবদি (ধর্ম্ম পাওজেন লাউথোকপা), হে নুহ ! নং শোয়দনমক ওইগনি (অমা) নুংদুমনা থাদুনা হাৎপিখ্রব-শিংগী।"

قَالُوا لَئِنْ لَمْ تَنْتَهِ يَا نُوحُ لَتَكُونَنَّ مِنَ الْمَرْجُومِينَ ﴿١١٦﴾

১১৮। মহাকনা পাওখুমখি ঃ "ঐগী মপুও ! ঐগী মীশিংনা তৌবিখ্রে ঐবু লৌশিং মীনম লাংথাকপা ওইনা।"

قَالَ رَبِّ إِنَّ قَوْمِي كَذَّبُونِ ﴿١١٧﴾

১১৯। মরমদুনা চখবিয়ু অফোংবা ৱায়েল বিচার ঐ অমসুং মখোইগী মরক্তা ; অমসুং ঙাকপিয়ু ঐবু অমসুং ঐগা লোয়নরিবা অচুম্বা থাজবশিংবু।"

فَافْتَحْ بَيْنِي وَبَيْنَهُمْ فَتْحًا وَنَجِّنِي وَمَنْ مَعِيَ مِنَ الْمُؤْمِنِينَ ﴿١١٨﴾

১২০। মরমদুনা ঐখোইনা কনবিখি মহাকপু অমসুং মহাক্কা লোয়নখিবশিংবু মাল থন্না হাপলবা ৱাকয়ৈ-হীজাওদা।

فَأَنْجَيْنَاهُ وَمَنْ مَعَهُ فِي الْفُلْكِ الْمَشْحُونِ ﴿١١٩﴾

১২১। মসিগী মতুংদা ঐখোইনা ঈৱাক-শিনহনবিখি তুংদা লৈহৌবা ময়ামদু।

ثُمَّ أَغْرَقْنَا بَعْدُ الْبَاقِينَ ﴿١٢٠﴾

১২২। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা (ৱাখল তৌনবগী), তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা অচুম্বা থাজদে।

إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَةً ۖ وَمَا كَانَ أَكْثَرُهُمْ مُؤْمِنِينَ ﴿١٢١﴾

১২৩। অদুগা তশেংবমক নংগী মপু—মহাক্তি পাঙ্গলবনি, নুংশিহৈবনি।

وَإِنَّ رَبَّكَ لَهُوَ الْعَزِيزُ الرَّحِيمُ ﴿١٢٢﴾

৭ শুবা রুকূ

১২৪। আদ (কাঙলুপ)না তৌবিখি (মখোইগী) রসূলশিংবু লৌশিং মীনম লাংথাকপশিংনি হায়না ;

كَذَّبَتْ عَادُ ۨالْمُرْسَلِيْنَ ۝١٢٣

১২৫। মখোইগী মচিন মনাও হুদনা হায়খি মখোইদা ঃ "নখোই ধর্ম্ম লম্বীনরোই হায়রব্রা ?"

اِذْ قَالَ لَهُمْ اَخُوْهُمْ هُوْدٌ اَلَا تَتَّقُوْنَ ۝١٢٤

১২৬। "তশেংবমক ঐসে থাজবা য়াবা রসুল অমনি নখোইদা,"

اِنِّيْ لَكُمْ رَسُوْلٌ اَمِيْنٌ ۝١٢٥

১২৭। "মরমদুনা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং ঐনা হায়বা ইল্লু ;"

فَاتَّقُوا اللّٰهَ وَاَطِيْعُوْنِ ۝١٢٦

১২৮। "অদুগা ঐনা হায়দে নখোইদা মনা-মথিন পীয়ু (ঐনা ধর্ম্ম পাওতাকপগী নখোইদা) ; ঐগী মনা-মথিন্দি লৈ মনাক্তা সংসার পুম্নমক্কী মপুগী।"

وَمَآ اَسْـَٔلُكُمْ عَلَيْهِ مِنْ اَجْرٍ ۚ اِنْ اَجْرِيَ اِلَّا عَلٰى رَبِّ الْعٰلَمِيْنَ ۝١٢٧

১২৯। "নখোইনা শাব্রা নীংশিঙনবগী খুদম (ফুরানচিংবা) অরাংবা মফম খুদিংদা কান্নদবা মিংচৎকী ?"

اَتَبْنُوْنَ بِكُلِّ رِيْعٍ اٰيَةً تَعْبَثُوْنَ ۝١٢٨

১৩০। "অমসুং নখোইনা শাব্রা কিল্লা (লানকলশিং নখোই মতমচুপ্পা লৈরগনি হায়না ?"

وَتَتَّخِذُوْنَ مَصَانِعَ لَعَلَّكُمْ تَخْلُدُوْنَ ۝١٢٩

১৩১। "অমসুং নখোইনা (কনাগুম্ববু) ফাজিনবা মতমদা, নখোইনা ফাজিল্লি মীওৎপা ওইনা (মী হেক মাঙননবা)।"

وَاِذَا بَطَشْتُمْ بَطَشْتُمْ جَبَّارِيْنَ ۝١٣٠

১৩২। মরমদুনা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং ঐনা হায়বা ইল্লু।

فَاتَّقُوا اللّٰهَ وَاَطِيْعُوْنِ ۝١٣١

১৩৩। "অদুগা কিয়ু মহাকপু মহাকনা তেংবাংবিখি নখোইবু লোয়নবা নখোইনা খঙবা পোৎ পুম্নমক্কা ;"

وَاتَّقُوا الَّذِيْٓ اَمَدَّكُمْ بِمَا تَعْلَمُوْنَ ۝١٣٢

১৩৪। "মহাকনা তেংবাংবিখি নখোইবু (পীবিদুনা) মখোঙ মরি পানবা শাশিং অমসুং নাচা পিবাশিং,"

اَمَدَّكُمْ بِاَنْعَامٍ وَّبَنِيْنَ ۝١٣٣

১৩৫। "অমসুং হৈকোন-লৈকোনশিং অমসুং ঈফুৎশিং।"

وَجَنّٰتٍ وَّعُيُوْنٍ ۝١٣٤

১৩৬। তশেংবমক ঐনা কিবি নখোইবু রায়েল-চৈরাক থাবিগদবদু অচৌবা নুমিৎ অমদা।

إِنِّيٓ أَخَافُ عَلَيۡكُمۡ عَذَابَ يَوۡمٍ عَظِيمٖ ١٣٥

১৩৭। মখোইনা হায়খি ঃ "ঐখোইদা ইমান-মান্নে নংনা রারক-রাতেমলবসু ঐখোইবু নত্তগা নংনা ওইবিদ্রবসু রারক-রাতেন্বিবা (অমা)।"

قَالُواْ سَوَآءٌ عَلَيۡنَآ أَوَعَظۡتَ أَمۡ لَمۡ تَكُن مِّنَ ٱلۡوَٰعِظِينَ ١٣٦

১৩৮। "মসি করিসু নত্তে মথাই-থাইনগী শজৎ নত্তনা,"

إِنۡ هَٰذَآ إِلَّا خُلُقُ ٱلۡأَوَّلِينَ ١٣٧

১৩৯। "অমসুং ঐখোইদা থাবিরোই রায়েল-চৈরাক করিমতা।"

وَمَا نَحۡنُ بِمُعَذَّبِينَ ١٣٨

১৪০। মরমদুনা মখোইনা য়াখিদে মহাকপু অমসুং ঐখোইনা মাঙ-তাকহনবিখি মখোইবু। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা (রাখল তৌনবগী), তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা অচুম্বা থাজদে।

فَكَذَّبُوهُ فَأَهۡلَكۡنَٰهُمۡۚ إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَأٓيَةٗۖ وَمَا كَانَ أَكۡثَرُهُم مُّؤۡمِنِينَ ١٣٩

১৪১। অদুগা তশেংবমক নংগী মপু—মহাক্তি পাঙ্গলবনি, নুংশিহৈবনি।

وَإِنَّ رَبَّكَ لَهُوَ ٱلۡعَزِيزُ ٱلرَّحِيمُ ١٤٠

৮ শুবা রুকূ

১৪২। সমূদ (কাঙলুপ)না তৌবিখি (মখোইগী) রসুলশিংবু লৌশিং মীনম লাংথাকপশিংনি হায়না ;

كَذَّبَتۡ ثَمُودُ ٱلۡمُرۡسَلِينَ ١٤١

১৪৩। মখোইগী মচিন-মনাও সালিহনা হায়খি ঃ "নখোই ধর্ম্ম লম্বীনরোই হায়রব্রা ?"

إِذۡ قَالَ لَهُمۡ أَخُوهُمۡ صَٰلِحٌ أَلَا تَتَّقُونَ ١٤٢

১৪৪। "তশেংবমক ঐসে থাজবা য়াবা রসুল অমনি নখোইদা,"

إِنِّي لَكُمۡ رَسُولٌ أَمِينٞ ١٤٣

১৪৫। "মরমদুনা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং ঐনা হায়বা ইল্লু ;

فَٱتَّقُواْ ٱللَّهَ وَأَطِيعُونِ ١٤٤

১৪৬। "অদুগা ঐনা হায়দে নখোইদা মনা-মথিন পীয়ু (ঐনা ধর্ম্ম পাওতাকপগী নখোইদা) ; ঐগী মনা-মথিন্দি লৈ মনাক্তা সংসার পুম্নমক্কী মপুগী।"

وَمَآ أَسۡـَٔلُكُمۡ عَلَيۡهِ مِنۡ أَجۡرٍۖ إِنۡ أَجۡرِيَ إِلَّا عَلَىٰ رَبِّ ٱلۡعَٰلَمِينَ ١٤٥

১৪৭। "(নখোইনা খনব্রা) নখোইবু হেক্তমক থাদোকপিরগনি খুদোংথীবা ইলৈ-লৈহন্দনা লৈরিবা অসিদা—"

أَتُتْرَكُونَ فِي مَا هَاهُنَا آمِنِينَ ﴿١٤٦﴾

১৪৮। "মরক্তা হৈকোন-লৈকোনশিংগী অমসুং ঈফুৎশিংগী,"

فِي جَنَّاتٍ وَعُيُونٍ ﴿١٤٧﴾

১৪৯। "অমসুং মহৈ-মরোংগী লৌবুকশিংগী অমসুং (মফম-মফমদা হৌরিবা রাংল-রাংলবা) খজুর পাম্বী ফজবা মহৈ-চরোং পানবশিংগী?"

وَزُرُوعٍ وَنَخْلٍ طَلْعُهَا هَضِيمٌ ﴿١٤٨﴾

১৫০। "অদুগা নখোইনা কক্ল-কক্লদুনা লৈফম শেম-শাই চীংজাওশিংদা য়াম্না হৈ-শিংনা।"

وَتَنْحِتُونَ مِنَ الْجِبَالِ بُيُوتًا فَارِهِينَ ﴿١٤٩﴾

১৫১। "মরমদুনা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং ঐনা হায়বা ইল্লু।"

فَاتَّقُوا اللَّهَ وَأَطِيعُونِ ﴿١٥٠﴾

১৫২। "অদুগা ইল্লুগনু কা হেন্দোকপশিংনা হায়বদা,"

وَلَا تُطِيعُوا أَمْرَ الْمُسْرِفِينَ ﴿١٥١﴾

১৫৩। "মখোইনা চহ্থোকই ফত্তবা মালেমথক্তা অমসুং (করিসু) তৌদে ফগৎহন্নবা মদু।"

الَّذِينَ يُفْسِدُونَ فِي الْأَرْضِ وَلَا يُصْلِحُونَ ﴿١٥٢﴾

১৫৪। মখোইনা হায়খি: "নংসে তশেংবমক মন্ত্র থাজনবিব্রবনি;"

قَالُوا إِنَّمَا أَنْتَ مِنَ الْمُسَحَّرِينَ ﴿١٥٣﴾

১৫৫। "নংসু মীনি ঐখোইগুম্বা: মরমদুনা পুরকও খুদম অমা, নংনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।"

مَا أَنْتَ إِلَّا بَشَرٌ مِثْلُنَا فَأْتِ بِآيَةٍ إِنْ كُنْتَ مِنَ الصَّادِقِينَ ﴿١٥٤﴾

১৫৬। মহাকনা হায়খি: (য়াম্না চুমই!) উট অমোমসে (নখোইগী খুদমনি): মাগী ঈশিং থকপগী লেং লৈ লেপখিবা নুমিৎ অমদা।

قَالَ هَٰذِهِ نَاقَةٌ لَهَا شِرْبٌ وَلَكُمْ شِرْبُ يَوْمٍ مَعْلُومٍ ﴿١٥٥﴾

১৫৭। অদুগা ফত্তবা থোকহনগনু মঙোন্দা (শজিক চাবদা অমসুং ঈশিং থকপদা), মদু থোকপা তারবদি লাঙ্গোয় চনখিনি নখোইবু রায়েল-চৈরাকনা অচৌবা নুমিৎ অমগী।

وَلَا تَمَسُّوهَا بِسُوءٍ فَيَأْخُذَكُمْ عَذَابُ يَوْمٍ عَظِيمٍ ﴿١٥٦﴾

১৫৮। তৌইগুম্বসুং মখোইনা মফৈগল কক্লুনা মখোঙ তেকহনবিখি মাবু, অদুগী তুংদা মখোই নুংঙাইতবা ওইখি (মদু তৌরুবগী)।

فَعَقَرُوهَا فَأَصْبَحُوا نَادِمِينَ ﴿١٥٧﴾

فَأَخَذَهُمُ الْعَذَابُ ۗ إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَةً ۖ وَمَا كَانَ أَكْثَرُهُمْ مُؤْمِنِينَ ﴿١٥٩﴾

১৫৯। মরমদুনা (রাশকপিখিবা) রায়েল-চৈরাকনা লাঙ্গোয় চনবিখি মখোইবু। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা (রাখল তৌনবগী), তৌই গুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা অচুম্বা থাজদে।

وَإِنَّ رَبَّكَ لَهُوَ الْعَزِيزُ الرَّحِيمُ ﴿١٦٠﴾

১৬০। অদুগা তশেংবমক নংগী মপু—মহাক্তি পাঙ্গলবনি, নুংশিহৈবনি।

৯ শুবা রুকূ

كَذَّبَتْ قَوْمُ لُوطٍ الْمُرْسَلِينَ ﴿١٦١﴾

১৬১। লুতকী কাঙলুপনা তৌবিখি (মখোইগী) রসুলশিংবু লৌশিং মীনম লাংথাকপশিংনি হায়না ;

إِذْ قَالَ لَهُمْ أَخُوهُمْ لُوطٌ أَلَا تَتَّقُونَ ﴿١٦٢﴾

১৬২। মখোইগী মচিন-মনাও লুতনা হায়খিঃ "নখোইবু ভক্তি ইতৌ-তৌরোইদ্রা ?"

إِنِّي لَكُمْ رَسُولٌ أَمِينٌ ﴿١٦٣﴾

১৬৩। "তশেংবমক ঐসে থাজবা য়াবা রসুল অমনি নখোইদা."

فَاتَّقُوا اللَّهَ وَأَطِيعُونِ ﴿١٦٤﴾

১৬৪। "মরমদুনা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং ঐনা হায়বা ইম্মু ;"

وَمَا أَسْأَلُكُمْ عَلَيْهِ مِنْ أَجْرٍ ۖ إِنْ أَجْرِيَ إِلَّا عَلَىٰ رَبِّ الْعَالَمِينَ ﴿١٦٥﴾

১৬৫। "অদুগা ঐনা হায়দে নখোইদা মনা-মথিন পীয়ু (ঐনা ধর্ম্ম পাওতাকপগী নখোইদা) ; ঐগী মনা-মথিন্দি লৈ মনাক্তা সংসার পুম্নমক্কী মপুগী।"

أَتَأْتُونَ الذُّكْرَانَ مِنَ الْعَالَمِينَ ﴿١٦٦﴾

১৬৬। "নখোইনা চঙব্রা নিপাশিংদা (ইন্দ্রিগী অপাম্বা থুংনবগী) সংসারগী মীশিংগী মরক্তা (কনানসু তৌনদবা অদু),"

وَتَذَرُونَ مَا خَلَقَ لَكُمْ رَبُّكُمْ مِنْ أَزْوَاجِكُمْ ۚ بَلْ أَنْتُمْ قَوْمٌ عَادُونَ ﴿١٦٧﴾

১৬৭। "অমসুং থাদোকপ্রা নখোইগী নতালোইশিং নখোইগী মপুনা শেম্বিখিবদু নখোইগীদমক ? নত্তে, নখোই কা হেন্দোকপা কাঙবুনি (ধর্ম্ম জগত্তা)।"

قَالُوا لَئِنْ لَمْ تَنْتَهِ يَا لُوطُ لَتَكُونَنَّ مِنَ الْمُخْرَجِينَ ﴿١٦٨﴾

১৬৮। মখোইনা হায়খিঃ "নংনা তোক্রবদি (ঙাঙ-শকপা ঐখোইগী ইথক্তা), হে লুত ! নং শোয়দনমক ওইগনি (অমা) তাংথোকপিত্রবশিংগী (ঐখোইগী শহরদগী)।

১৬৯। মহাকনা হায়খিঃ "ভশেংবমক ঐনা তুক্কচৈ নখোইগী থৌদৌসি।"

قَالَ إِنِّي لِعَمَلِكُم مِّنَ الْقَالِينَ ﴿١٦٨﴾

১৭০। "ঐগী মপুও! ঙাকপিয়ু ঐবু অমসুং ঐগী তুং ইনবশিংবু মখোইনা লম্বীনরিবা (তুক্কচনঙাই ওইবা থবক)দগী।"

رَبِّ نَجِّنِي وَأَهْلِي مِمَّا يَعْمَلُونَ ﴿١٦٩﴾

১৭১। মরমদুনা ঐখোইনা ঙাকপিখি মহাকপু অমসুং মহাক্কী মতুং ইনবশিংবু পুল্লপ্পা,

فَنَجَّيْنَاهُ وَأَهْلَهُ أَجْمَعِينَ ﴿١٧٠﴾

১৭২। নত্তনা নুপী অহল ওইরবী অমা তুংদা লৈথহৌবশিংগী মরক্তা।

إِلَّا عَجُوزًا فِي الْغَابِرِينَ ﴿١٧١﴾

১৭৩। অদুগী তুংদা ঐখোইনা মাঙ-তাকহনবিখি অতোপ্পা (পাপ্তা য়াওন্নবশিং)বু।

ثُمَّ دَمَّرْنَا الْآخَرِينَ ﴿١٧٢﴾

১৭৪। অদুগা ঐখোইনা চুহনবিখি মখোইগী মথক্তা (অকনবা নুংগী) নোং অমাঃ অদুনা ফত্তবনি চুখিবা নোংজু অদু (হান্না) চেকশন্নবা হায়বিত্রবশিংগী মথক্তা।

وَأَمْطَرْنَا عَلَيْهِم مَّطَرًا ۖ فَسَاءَ مَطَرُ الْمُنذَرِينَ ﴿١٧٣﴾

১৭৫। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা (রাখল তৌনবগী), তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা অচুম্বা থাজদে।

إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَةً ۖ وَمَا كَانَ أَكْثَرُهُم مُّؤْمِنِينَ ﴿١٧٤﴾

১৭৬। অদুগা তশেংবমক নংগী মপু—মহাক্তি পাঙ্গলবনি, নুংশি-হৈবনি।

وَإِنَّ رَبَّكَ لَهُوَ الْعَزِيزُ الرَّحِيمُ ﴿١٧٥﴾

১০ শুবা রুকূ

১৭৭। উমংগী মীশিংনা তৌবিখি (মখোইগী) রসুলশিংবু লৌশিং মীনম লাংথাকপশিংনি হায়না:

كَذَّبَ أَصْحَابُ لْئَيْكَةِ الْمُرْسَلِينَ ﴿١٧٦﴾

১৭৮। শুঐবনা হায়খি মখোইদাঃ "নখোইবু ভক্তি ইতৌ-তৌরোইদ্রা?"

إِذْ قَالَ لَهُمْ شُعَيْبٌ أَلَا تَتَّقُونَ ﴿١٧٧﴾

১৭৯। "তশেংবমক ঐসে থাজবা য়াবা রসুল অমনি নখোইদা,"

إِنِّي لَكُمْ رَسُولٌ أَمِينٌ ﴿١٧٨﴾

১৮০। "মরমদুনা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং ঐনা হায়বা ইল্লু;"

فَاتَّقُوا اللَّهَ وَأَطِيعُونِ ﴿١٧٩﴾

১৮১। "অদুগা ঐনা হায়দে নখোইদা মনা-মথিন পীয়ু (ঐনা ধর্ম্ম পাওতাকপগী নখোইদা); ঐগী

وَمَا أَسْأَلُكُمْ عَلَيْهِ مِنْ أَجْرٍ ۖ إِنْ أَجْرِيَ إِلَّا عَلَىٰ

رَبِّ الْعٰلَمِيْنَ ۝١٨١

মনা-মথিন্দি লৈ মনাক্তা সংসার পুম্নমক্কী মপুগী।"

اَوْفُوا الْكَيْلَ وَلَا تَكُوْنُوْا مِنَ الْمُخْسِرِيْنَ ۝١٨٢

১৮২। "পুরা রজন তৌ (রগা য়োম্লু) অমসুং ওইগনু ৱাৎনা পীবশিং (পীফম থোকপদগী) ;"

وَزِنُوْا بِالْقِسْطَاسِ الْمُسْتَقِيْمِ ۝١٨٣

১৮৩। "অমসুং পুরা রজন তৌ অচুম্বা খলদা ;"

وَلَا تَبْخَسُوا النَّاسَ اَشْيَآءَهُمْ وَلَا تَعْثَوْا فِى الْاَرْضِ مُفْسِدِيْنَ ۝١٨٤

১৮৪। "অমসুং মীগী পোৎশিং (কদৌনুংদসু) ৱাৎনা পীগনু (অমসুং নমথাক তৌগনু), অমসুং তৌগনু ফত্তবা মালেমদা, অমাঙবা চাইথোক্তুনা।"

وَاتَّقُوا الَّذِىْ خَلَقَكُمْ وَالْجِبِلَّةَ الْاَوَّلِيْنَ ۝١٨٥

১৮৫। "অদুগা কিয়ু (অল্লাহ) মহাকপু—মহাকনা শেম্বিখি নখোইবু অমসুং মমাংঙৈগী মীরোনশিংবু।"

قَالُوْٓا اِنَّمَآ اَنْتَ مِنَ الْمُسَحَّرِيْنَ ۝١٨٦

১৮৬। মখোইনা হায়খি ঃ "নংসে তশেংবমক মন্ত্র থাজিনবিখ্রবনি ;

وَمَآ اَنْتَ اِلَّا بَشَرٌ مِّثْلُنَا وَاِنْ نَّظُنُّكَ لَمِنَ الْكٰذِبِيْنَ ۝١٨٧

১৮৭। "অদুগা নংসু মীনি ঐখোইগুম্বা অমসুং ঐখোইনা থাজে নংসে (অমনি) লৌশিং মীনম লাংথাকপাশিংগী ;"

فَاَسْقِطْ عَلَيْنَا كِسَفًا مِّنَ السَّمَآءِ اِنْ كُنْتَ مِنَ الصّٰدِقِيْنَ ۝١٨٨

১৮৮। "মরমদুনা তাহল্লকও আসমানগী মচেৎ অমা (নীংখায়হন্দুনা) ঐখোইগী ইথক্তা, নংনা ওইরবদি অচুম্বা ভাঙবা।"

قَالَ رَبِّىْٓ اَعْلَمُ بِمَا تَعْمَلُوْنَ ۝١٨٩

১৮৯। শুঐবনা হায়খি ঃ "ঐগী মপুনা মুন্না খঙই নখোইনা তৌবদু।"

فَكَذَّبُوْهُ فَاَخَذَهُمْ عَذَابُ يَوْمِ الظُّلَّةِ ؕ اِنَّهٗ كَانَ عَذَابَ يَوْمٍ عَظِيْمٍ ۝١٩٠

১৯০। মরমদুনা মখোইনা লাউথোকপিখি মহাকপু লৌশিং মীনম লাংথাকপনি হায়না। অদুগী তুংদা মমহনখিবা নুমিৎ অমগী রায়েল-চৈরাকনা লাঙ্গোয় চনবিখি মখোইবু। তশেংবমক মদু রায়েল-চৈরাকনি অচৌবা নুমিৎ অমগী।

اِنَّ فِىْ ذٰلِكَ لَاٰيَةً ؕ وَمَا كَانَ اَكْثَرُهُمْ مُّؤْمِنِيْنَ ۝١٩١

১৯১। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা (ৱাখল তৌনবগী), তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা অচুম্বা থাজদে।

وَإِنَّ رَبَّكَ لَهُوَ الْعَزِيزُ الرَّحِيمُ ﴿١٩٢﴾

১৯২। অদুগা তশেংবমক নংগী মপু— মহাক্তি পাঙ্গলবনি, নুংশিহৈবনি।

১১ শুবা রুকূ

وَإِنَّهُ لَتَنْزِيلُ رَبِّ الْعٰلَمِينَ ﴿١٩٣﴾

১৯৩। অদুগা মসি তশেংবমক ফোংদোকপিরকখিবনি সংসার পুম্নমক্কী মপুগী মায়কৈদগী।

نَزَلَ بِهِ الرُّوحُ الْأَمِينُ ﴿١٩٤﴾

১৯৪। মসি পুথবিরকখি থাজবা য়াবা থরাই (জিব্রীল)না,

عَلٰى قَلْبِكَ لِتَكُونَ مِنَ الْمُنْذِرِينَ ﴿١٩٥﴾

১৯৫। নংগী নথম্মোইদা অদুনা নং ওইবা য়ানবা চেকশন্নবা হায়বিবা তামা,

بِلِسَانٍ عَرَبِيٍّ مُّبِينٍ ﴿١٩٦﴾

১৯৬। (মসি ফোংদোকপিখি নংগী নমা লোল) তশেং-তশেংবা অরবী লোলদা।

وَإِنَّهُ لَفِي زُبُرِ الْأَوَّلِينَ ﴿١٩٧﴾

১৯৭। অদুগা মসি তশেংনমক (পানবিগ্রে) মমাংঙৈগী ধর্ম্ম-গ্রন্থশিংদা।

أَوَلَمْ يَكُن لَّهُمْ آيَةً أَن يَعْلَمَهُ عُلَمٰٓؤُا بَنِيٓ إِسْرَآءِيلَ ﴿١٩٨﴾

১৯৮। মসিবু নত্তব্রা খুদম তামা মখোইদা মদুদি ইস্রাঈল মচাশিংগী মরক্তা অখঙ-তাহৈবশিংনা খঙই মদু?

وَلَوْ نَزَّلْنٰهُ عَلٰى بَعْضِ الْأَعْجَمِينَ ﴿١٩٩﴾

১৯৯। অদুগা ঐখোইনা করিগুম্বা থাবিরমলবদি মদু অরবী নত্তবা মী তামদা,

فَقَرَأَهُ عَلَيْهِم مَّا كَانُوا بِهِ مُؤْمِنِينَ ﴿٢٠٠﴾

২০০। অমসুং মহাকনা পারক্না মদু তাহল্লম্বদা মখোইবু, কদৌনুংদসু মখোইনা থাজরম্মোই মদু।

كَذٰلِكَ سَلَكْنٰهُ فِي قُلُوبِ الْمُجْرِمِينَ ﴿٢٠١﴾

২০১। অসুম্না ঐখোইনা চঙহনবিখি (অচুম্বা থাজদবা) মথম্মোইনুংদা পাপীশিংগী।

لَا يُؤْمِنُونَ بِهِ حَتّٰى يَرَوُا الْعَذَابَ الْأَلِيمَ ﴿٢٠٢﴾

২০২। মখোই থাজররোই মদু মখোইনা উদরিবা ফাওবা অরাবগী মশক ওইরবা দণ্ড পীবা।

فَيَأْتِيَهُم بَغْتَةً وَهُمْ لَا يَشْعُرُونَ ﴿٢٠٣﴾

২০৩। মরমদুনা মদু লাক্কনি মখোইদা ইখঙ-খঙহৌদনা মখোইনা করিসু খঙহৌদবদা।

فَيَقُولُوا هَلْ نَحْنُ مُنْظَرُونَ ﴿٢٠٤﴾

২০৪। মতমদুদা মখোইনা হায়গনিঃ "ঐখোইদা মতম খরা য়েথোকপিগদ্রা?"

২০৫। করি! মখোইনা হোৎনব্রা থুনা থোকহন্নবা ঐখোইগী রায়েল-চৈরাক ?

أَفَبِعَذَابِنَا يَسْتَعْجِلُونَ ۝٢٠٥

২০৬। নংনা খনব্রা ঐখোইনা শরুক্কুহনবিগনি মখোইবু নুংঙাই-য়াইফবা (হন্দক্কী মপোক্কী) চহি কয়াদং,

أَفَرَءَيْتَ إِن مَّتَّعْنَاهُمْ سِنِينَ ۝٢٠٦

২০৭। অদুগী তুংদা লাকহনবিগনি মখোইদা (রায়েল-চৈরাক) রাশকপিখিবদু মখোইদা,

ثُمَّ جَاءَهُم مَّا كَانُوا يُوعَدُونَ ۝٢٠٧

২০৮। (মতম খরা) মখোইবু নুংঙাইহনবিখিবা অদুনা করিসু কান্নহনখিদে মখোইবু।

مَا أَغْنَىٰ عَنْهُم مَّا كَانُوا يُمَتَّعُونَ ۝٢٠٨

২০৯। অদুগা কদৌনুংদসু ঐখোইনা মাঙ-তাকহনখিদে শহর অমতা (হান্ননা) মাবু চেকশনহন্নবগী পাওমেনবা মীশিং থাবিদদুনা।

وَمَا أَهْلَكْنَا مِن قَرْيَةٍ إِلَّا لَهَا مُنذِرُونَ ۝٢٠٩

২১০। (অসুম্না তৌবিখি অদুনা মখোইনা) চেকশনজনবা : অমসুং ঐখোইনা কদৌনুংদসু তৌবিদে চুমদবা।

ذِكْرَىٰ وَمَا كُنَّا ظَالِمِينَ ۝٢١٠

২১১। অদুগা শৈতানশিংনা পুথরকখিদে (কুরআন) অসি :

وَمَا تَنَزَّلَتْ بِهِ الشَّيَاطِينُ ۝٢١١

২১২। অমসুং মখোই মতিক চাদে মদুগী নত্তগা মখোই মপাঙ্গল লৈতে (পুথোকপা অসিগুম্বা কিতাব অমা)।

وَمَا يَنبَغِي لَهُمْ وَمَا يَسْتَطِيعُونَ ۝٢١٢

২১৩। তশেংবমক মখোইবু থিংবিগ্রে তাবদগী (মদু)।

إِنَّهُمْ عَنِ السَّمْعِ لَمَعْزُولُونَ ۝٢١٣

২১৪। মরমদুনা কৌগনু কনাগুম্বা খোয়ম লাই অমতা অল্লাহগা লোয়ননা, অদু ওইরবদি নংসু ওইখিগনি (অমা) অৱাফম তাহনবিখ্রবা মখোইদুগী।

فَلَا تَدْعُ مَعَ اللَّهِ إِلَٰهًا آخَرَ فَتَكُونَ مِنَ الْمُعَذَّبِينَ ۝٢١٤

২১৫। অমসুং চেকশন্নবা হায়বিয়ু নংগী অনকপা মরী-মতাশিংবু,

وَأَنذِرْ عَشِيرَتَكَ الْأَقْرَبِينَ ۝٢١٥

২১৬। অমসুং নেমথবিয়ু নংগী নুংশিবগী নপাম্বোম নতুং ইনবা অচুম্বা থাজবশিংগীদমক।

وَاخْفِضْ جَنَاحَكَ لِمَنِ اتَّبَعَكَ مِنَ الْمُؤْمِنِينَ ۝٢١٦

২১৭। তৌইগুম্বসুং মখোইনা থৎশি-কারল রা

فَاِنْ عَصَوْكَ فَقُلْ اِنِّیْ بَرِیْٓءٌ مِّمَّا تَعْمَلُوْنَ ﴿٢١٦﴾

তৌরকলবদি নংঙোন্দা, মতমদুদা হায়য়ুঃ "ঐনা থাদোকচরে মরী পুম্নমক নখোইনা তৌবা (থবক)গী।"

وَ تَوَكَّلْ عَلَى الْعَزِیْزِ الرَّحِیْمِ ﴿٢١٧﴾

২১৮। অদুগা নং আশা তৌ পাঙ্গলবা, নুংশিহৈবা (মপু)দা,

الَّذِیْ یَرٰىكَ حِیْنَ تَقُوْمُ ﴿٢١٨﴾

২১৯। মহাকনা উই নংবু (নমাজ তৌগাদবগী) নংনা হৌগৎপদা,

وَ تَقَلُّبَكَ فِی السّٰجِدِیْنَ ﴿٢١٩﴾

২২০। অমসুং (উই) নংগী ফিবম (অমদি মতৌ) সজদহ তৌবশিংগী মরক্তা।

اِنَّهٗ هُوَ السَّمِیْعُ الْعَلِیْمُ ﴿٢٢٠﴾

২২১। তশেংবমক মহাক্তি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

هَلْ اُنَبِّئُكُمْ عَلٰى مَنْ تَنَزَّلُ الشَّیٰطِیْنُ ﴿٢٢١﴾

২২২। ঐনা তাকসিরা নখোইদা (হে মীওই-বশিং!) কনাগী মথক্তা শৈতান কুমথরকপগে?

تَنَزَّلُ عَلٰى كُلِّ اَفَّاكٍ اَثِیْمٍ ﴿٢٢٢﴾

২২৩। মখোই (মশিঞ্জাং ওইনা) কুমথরকই মীনমজাওবা (অমসুং) পাপী খুদিংদা,

یُّلْقُوْنَ السَّمْعَ وَ اَكْثَرُهُمْ كٰذِبُوْنَ ﴿٢٢٣﴾

২২৪। মখোইনা পাওদম্মি (অতোপ্পদা) মখোইনা তাবদু অমসুং মখোই অয়াম্বনা লৌশিং মীনম লাংথাকপশিংনি।

وَ الشُّعَرَآءُ یَتَّبِعُهُمُ الْغَاوٗنَ ﴿٢٢٤﴾

২২৫। অদুগা কবিশিংদি (মালং শাথৌবনি)—অশোয়রম খোঙফম্নবশিংনা তুংইল্লি মখোইগী।

اَلَمْ تَرَ اَنَّهُمْ فِیْ كُلِّ وَادٍ یَّهِیْمُوْنَ ﴿٢٢٥﴾

২২৬। নং উদব্রা মখোইনা মায়কৈ-শলাই খঙদনা কোয়চৎ-চৎপা লমহাং-লমজাও খুদিংদা (পান্দম করিসু লৈতনা),

وَ اَنَّهُمْ یَقُوْلُوْنَ مَا لَا یَفْعَلُوْنَ ﴿٢٢٦﴾

২২৭। অমসুং মখোইনা ভাঙ-শকই মখোই (মশা)না তৌদবদু?

اِلَّا الَّذِیْنَ اٰمَنُوْا وَ عَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ وَ ذَكَرُوا اللّٰهَ كَثِیْرًا وَّ انْتَصَرُوْا مِنْۢ بَعْدِ مَا ظُلِمُوْا ؕ وَ سَیَعْلَمُ الَّذِیْنَ ظَلَمُوْۤا اَیَّ مُنْقَلَبٍ یَّنْقَلِبُوْنَ ﴿٢٢٧﴾

২২৮। নত্তনা মখোইদু অচুম্বা থাজরবা অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনরবা অমসুং অল্লাহবু য়াম্না নীংশিঙবা অমসুং মখোইনা লমল খুম্বা মখোইবু ওৎ-নৈবিখ্রবা মতুংদা। অদুগা অরানবা লম্বীনবশিংনা থুনমক খঙলগনি করম্বা মহনফমদা মখোই হনগদৌরিবা।

# سُوْرَةُ النَّمْلِ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ২৭ অল-নমল

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৯৪ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

طٰسٓ تِلْكَ اٰيٰتُ الْقُرْاٰنِ وَكِتَابٍ مُّبِيْنٍ ②

২। অশেংবা মপু পোৎ পুম্নমক তাবা (তাহের, সমী'অ)। পুম্নমকসি শৈরেংশিংনি কুরআনগী অমসুং তশেং-তশেংবা কিতাবকী,

هُدًى وَّبُشْرٰى لِلْمُؤْمِنِيْنَ ③

৩। লমজিংনি অমসুং হরাওবা পাওজেল্লি অচুম্বা থাজবা মীওইশিংদা.

الَّذِيْنَ يُقِيْمُوْنَ الصَّلٰوةَ وَيُؤْتُوْنَ الزَّكٰوةَ وَهُمْ بِالْاٰخِرَةِ هُمْ يُوْقِنُوْنَ ④

৪। মখোইনা চাং নাইনা তৌই নমাজ অমসুং পী জকাত অমসুং চেৎনা থাজে শিরবা মতুংগী পুন্সিদা।

اِنَّ الَّذِيْنَ لَا يُؤْمِنُوْنَ بِالْاٰخِرَةِ زَيَّنَّا لَهُمْ اَعْمَالَهُمْ فَهُمْ يَعْمَهُوْنَ ⑤

৫। তশেংবমক, শিরবা মতুংগী পুন্সিদা থাজদবশিং মখোইদু, ঐখোইনা উহনবিখ্রে মখোইগী (পাপ চেনবা) থবকশিংদু ফজবা ওইনা মখোইদা, মরমদুনা মখোই কোয়চৎ-চৎলি (থৌশা-রাশাদনা)।

اُولٰٓئِكَ الَّذِيْنَ لَهُمْ سُوْٓءُ الْعَذَابِ وَهُمْ فِي الْاٰخِرَةِ هُمُ الْاَخْسَرُوْنَ ⑥

৬। মখোইসি ফংগনি ফত্তবা রায়েল-চৈরাক (পুন্সি অসিদা) অমসুং মখোই শরুকক্লগদৌরি য়াম্না অমাঙবা শিরবা মতুংগী পুন্সিদা

وَاِنَّكَ لَتُلَقَّى الْقُرْاٰنَ مِنْ لَّدُنْ حَكِيْمٍ عَلِيْمٍ ⑦

৭। তশেংবমক নংঙোন্দা পীবিখি কুরআন খ্বাইদগী হেন্না অশিংবা, পোৎ পুম্নমক খঙবা (অল্লাহ)দগী।

اِذْ قَالَ مُوْسٰى لِاَهْلِهٖٓ اِنِّيْٓ اٰنَسْتُ نَارًا سَاٰتِيْكُمْ مِّنْهَا بِخَبَرٍ اَوْ اٰتِيْكُمْ بِشِهَابٍ قَبَسٍ لَّعَلَّكُمْ تَصْطَلُوْنَ ⑧

৮। (নীংশিঙঙু মতমদু) মুসানা হায়খি মহাক্কী ইমুংগী মীশিংদাঃ "তশেংবমক ঐনা উরে মৈ অমা। ঐনা পুরক্কনি নখোইদা মফম অদুদগী পাও খরা নত্ত্রগা ঐনা পুরক্কনি নখোইদা অচাকপা মৈহুম অমা, অদুনা নখোইনা নশা (হায়ফেত্তং) শাগৎহন্নবা।"

৯। মরম্‌দুনা মহাকনা লাকখিবদা (মৈঙাল) অদুগী মনাক্তা, মহাকপু কৌরকখি খোঞ্জেল অমনা (অসি হায়দুনা)ঃ "য়াইফবনি মৈ (গী মঙাল)দা লৈবা মহাকদু অমসুং মদুগী অকোয়বদা লৈবা মখোইদুসু। অদুগা অশেংবনি অল্লাহদি, মপুনি সংসার পুম্নমক্কী!

فَلَمَّا جَآءَهَا نُودِيَ أَنۢ بُورِكَ مَن فِي النَّارِ وَمَنْ حَوْلَهَا ۖ وَسُبْحَٰنَ اللَّهِ رَبِّ الْعَٰلَمِينَ ﴿٩﴾

১০। "হে মুসা! থাঙ্গৈশেংবমক ঐ অল্লাহনি, পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

يَٰمُوسَىٰٓ إِنَّهُۥٓ أَنَا اللَّهُ الْعَزِيزُ الْحَكِيمُ ﴿١٠﴾

১১। "অদুগা লংথোকও নংগী পায়না-চৈগুদু।" মরম্‌দুনা (মহাকনা লংথোকখ্রবদা মদু) মহাকনা উখি মদু জ্-জ্ চৎপা লিনগুম্না, (অদুদা) মহাক তুং হন্দোরকখি অমসুং (মমায় ওনশিন্দুনা) হন্না য়েংখিদে। (মহাক্কী মতৌ অদুদা অসি হায়বিখি ঃ) "হে মুসা! কিগনু (ঐ লোয়নবিরি নংগা)। তশেংবমক রসুলশিং কিনঙাই লৈতে ঐগী ইনাক্তা,

وَأَلْقِ عَصَاكَ ۚ فَلَمَّا رَءَاهَا تَهْتَزُّ كَأَنَّهَا جَآنٌّ وَلَّىٰ مُدْبِرًا وَلَمْ يُعَقِّبْ ۚ يَٰمُوسَىٰ لَا تَخَفْ إِنِّي لَا يَخَافُ لَدَيَّ الْمُرْسَلُونَ ﴿١١﴾

১২। নত্তগা কনাগুম্বনা অরানবা তৌখ্রবা মতুংদা (মশাবু চুমথোকচদুনা) অফবা লম্বীনরবা ফত্তবগী মহুত্তা; (অসিগুম্বা মীওইদা) ঐদি তশেংবমক য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

إِلَّا مَن ظَلَمَ ثُمَّ بَدَّلَ حُسْنًۢا بَعْدَ سُوٓءٍ فَإِنِّي غَفُورٌ رَّحِيمٌ ﴿١٢﴾

১৩। অদুগা থম্মু নংগী নখুত্তু নংগী শেগ্রাক্তা (লোৎশিন্দুনা); মদু (শত্তোরকপদা) ঙৌশ্রোক ঙৌগনি, করিসু অনাবা ওইদনা। মসি অমনি খুদম মাপনগী মরক্তা (নংনা উৎকদৌরিবা) ফিরঔন্দা অমসুং মহাক্কী মীশিংদা। তশেংবমক মখোই কা হেন্দোকপা মীশিংনি।

وَأَدْخِلْ يَدَكَ فِي جَيْبِكَ تَخْرُجْ بَيْضَآءَ مِنْ غَيْرِ سُوٓءٍ ۖ فِي تِسْعِ ءَايَٰتٍ إِلَىٰ فِرْعَوْنَ وَقَوْمِهِۦٓ ۚ إِنَّهُمْ كَانُوا۟ قَوْمًا فَٰسِقِينَ ﴿١٣﴾

১৪। মরম্‌দুনা ঐখোইগী উবা ফংবা খুদমশিং লাকখ্রবা মতমদা মখোইদা, মখোইনা (মপুকনিং ঈরৈ চন্দুনা) হায়খি ঃ "মসি তশেং-তশেংবা মিত্তুংনি।"

فَلَمَّا جَآءَتْهُمْ ءَايَٰتُنَا مُبْصِرَةً قَالُوا۟ هَٰذَا سِحْرٌ مُّبِينٌ ﴿١٤﴾

১৫। অদুগা মখোইনা য়াখিদে মখোইদুবু চুমদনা অমসুং মচোংপাক নাইদনা, মখোইগী মথৱাই-শিংনদি য়াথ্রবসু মখোইদা (অচুম্বনি হায়না অল্লাহদগী)। মরম্‌দুনা য়েংউ! করি পোঞ্জোই

وَجَحَدُوا۟ بِهَا وَاسْتَيْقَنَتْهَآ أَنفُسُهُمْ ظُلْمًا وَعُلُوًّا

ع فَانْظُرْ كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الْمُفْسِدِيْنَ ﴿١٤﴾

থোকখিবা ফত্তনবা থৌরাংবশিংগী।

২ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ اٰتَيْنَا دَاوٗدَ وَسُلَيْمٰنَ عِلْمًا ۚ وَقَالَا الْحَمْدُ لِلّٰهِ الَّذِيْ فَضَّلَنَا عَلٰى كَثِيْرٍ مِّنْ عِبَادِهِ الْمُؤْمِنِيْنَ ﴿١٥﴾

১৬। অদুগা (মমাংঙৈদা) ঐখোইনা তশেংবমক পীখি জ্ঞান দাউদ অমসুং সুলৈমান (মপা মচা)দা, অমসুং মখোইনা হায়খিঃ "থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহবুনি, মহাকনা রাংনা থাঙ্গৎপিখি ঐখোইবু মথক্তা মহাক্কী অচুম্বা থাজবা অয়াম্বা মনাইশিংগী।"

وَوَرِثَ سُلَيْمٰنُ دَاوٗدَ وَقَالَ يٰٓاَيُّهَا النَّاسُ عُلِّمْنَا مَنْطِقَ الطَّيْرِ وَاُوْتِيْنَا مِنْ كُلِّ شَيْءٍ ۗ اِنَّ هٰذَا لَهُوَ الْفَضْلُ الْمُبِيْنُ ﴿١٦﴾

১৭। অদুগা সুলৈমান্না ওইখি রারিস দাউদকী অমসুং মহাকনা হায়খিঃ "হে মীওইবশিং! (অল্লাহগী মায়কৈদগী) ঐখোইবু তম্বি চেকলা-উচেকশিংগী মরোল, অমসুং ঐখোইদা পীনবি পোৎ পুম্নমক। থাঙ্গেশেংবমক মসি তশেং-তশেংবা থৌজালনি (অল্লাহগী)।"

وَحُشِرَ لِسُلَيْمٰنَ جُنُوْدُهٗ مِنَ الْجِنِّ وَالْاِنْسِ وَالطَّيْرِ فَهُمْ يُوْزَعُوْنَ ﴿١٧﴾

১৮। অদুগা পুল্লপ্পা তিল্লম্মী সুলৈমানগী মনাক্তা মহাক্কী লাম্মী তেঙ্গোল জিনশিংগী অমসুং মীশিংগী অমসুং উচেকশিংগী, অমসুং মখোই শেমলম্মী (তোঙান-তোঙানবা) কাঙলুপশিং (অমসুং পরেং নাইনা চৎলম্মী)।—

حَتّٰٓى اِذَآ اَتَوْا عَلٰى وَادِ النَّمْلِ ۙ قَالَتْ نَمْلَةٌ يّٰٓاَيُّهَا النَّمْلُ ادْخُلُوْا مَسٰكِنَكُمْ ۚ لَا يَحْطِمَنَّكُمْ سُلَيْمٰنُ وَجُنُوْدُهٗ ۙ وَهُمْ لَا يَشْعُرُوْنَ ﴿١٨﴾

১৯। য়ৌবফাওবা মখোইনা লাকখ্রবদা নমল (কাঙলুপকী লৈফম) তমপাকলমদা, নমলগী মীকোক অমনা (লান্মীশিংগী মশকফম উবদা) হায়খিঃ "হে নমলশিং! নখোই চঙশিল্লু নয়ুমশিংদা, থোক্তনবা সুলৈমান অমসুং মহাক্কী তেঙ্গোলনা তকখায়বা নখোইবু, মখোইনা করিসু খঙহৌদবদা।"

فَتَبَسَّمَ ضَاحِكًا مِّنْ قَوْلِهَا وَقَالَ رَبِّ اَوْزِعْنِيْٓ اَنْ اَشْكُرَ نِعْمَتَكَ الَّتِيْٓ اَنْعَمْتَ عَلَيَّ وَعَلٰى وَالِدَيَّ وَاَنْ اَعْمَلَ صَالِحًا تَرْضٰىهُ وَاَدْخِلْنِيْ بِرَحْمَتِكَ

২০। মদু (তারব)দা (সুলৈমান) মহাক মোমোন নোকলম্মী, নোকনীংবা ফাওদুনা (নমল) মহাক্কী মরাহৈদা অমসুং হায়খিঃ "ঐগী মপু! পীনবিয়ু ঐবু (রাখল অমসুং পাঙ্গল) তৌবিমল খঙবা উৎচনবা নহাক্কী থৌজালগী নহাকনা পীবিখিবদু ঐঙোন্দা অমসুং ঐগী অপোকপা অপোকপীদা, অমসুং ঐনা অফবা তৌনবা অদুনা নহাকনা

فِي عِبَادِكَ الصَّالِحِينَ ﴿١٩﴾

য়াবিনবা অমসুং চঙহলবিয়ু ঐবু নহাক্কী থৌজালনা, মরক্তা নহাক্কী ধর্ম্ম লৈবা ননাইশিংগী।"

وَتَفَقَّدَ الطَّيْرَ فَقَالَ مَا لِيَ لَا أَرَى الْهُدْهُدَ أَمْ كَانَ مِنَ الْغَائِبِينَ ﴿٢٠﴾

২১। অমসুং মহাকনা য়েংলম্মী উচেক (লাম্মী) শিংবু, অদুগী মতমদা হায়খি: "করি মরম লৈবা ঐনা উদে হুদহুদবু? মহাকপু য়াওখ্রব্রা মরক্তা লাক্তবশিংগী?

لَأُعَذِّبَنَّهُ عَذَابًا شَدِيدًا أَوْ لَأَذْبَحَنَّهُ أَوْ لَيَأْتِيَنِّي بِسُلْطَانٍ مُبِينٍ ﴿٢١﴾

২২। "ঐনা শোয়দনমক ৱারকপিগনি মহাকপু অকনবা চৈরাক থাবিদুনা নত্তগা ঐনা হাৎপিগনি মহাকপু, মহাকনা পুরক্তবদি ঐঙোন্দা তশেংবা মরম (মহাকনা লাক্তবগী)।"

فَمَكَثَ غَيْرَ بَعِيدٍ فَقَالَ أَحَطْتُ بِمَا لَمْ تُحِطْ بِهِ وَجِئْتُكَ مِنْ سَبَإٍ بِنَبَإٍ يَقِينٍ ﴿٢٢﴾

২৩। তৌইগুম্বসুং মহাক মতম কুইনা থীংথরকখিদে (অমসুং হাজির তৌখি), মতমদুদা হঙ্গৎচখি: "ঐনা ফংখি (পোৎ অমা) মদুংনহাকনা (হৌজিক ফাওবা) ফংদরি; অমসুং ঐ লাকচরি নংঙোন্দা লমলেন সবাদগী শোয়দবা পাও অমগা লোয়ননা।

إِنِّي وَجَدْتُ امْرَأَةً تَمْلِكُهُمْ وَأُوتِيَتْ مِنْ كُلِّ شَيْءٍ وَلَهَا عَرْشٌ عَظِيمٌ ﴿٢٣﴾

২৪। "ঐনা ফংখি (মফম অদুদা) নুপী অমনা লৈঙাকপা, অমসুং মহাকপু পীনবি (দরকার ওইবা) পোৎ পুম্নমক (লৈবাক অমা পান্নবগী) অমসুং মহাক্কী লৈ অচৌবা সিংহাসন অমা।

وَجَدْتُهَا وَقَوْمَهَا يَسْجُدُونَ لِلشَّمْسِ مِنْ دُونِ اللَّهِ وَزَيَّنَ لَهُمُ الشَّيْطَانُ أَعْمَالَهُمْ فَصَدَّهُمْ عَنِ السَّبِيلِ فَهُمْ لَا يَهْتَدُونَ ﴿٢٤﴾

২৫। "ঐনা ফংখি মহাক অমসুং মহাক্কী মীশিংনা পূজা তৌবা সূর্য্য নুমিৎপু অল্লাহগী মহুত্তা, অমসুং শৈতান্না উহনবিখ্রে মখোইদা ফজবগুম্না মখোইগী থবকশিংদু অমসুং থিংবিখ্রে মখোইবু (অচুম্বা) লম্বীদগী, অদুনা মখোই তুংইন্দে লমজিং।

أَلَّا يَسْجُدُوا لِلَّهِ الَّذِي يُخْرِجُ الْخَبْءَ فِي السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ وَيَعْلَمُ مَا تُخْفُونَ وَمَا تُعْلِنُونَ ﴿٢٥﴾

২৬। "অদুনা মখোইনা ভক্তি কত্তে অল্লাহদা, মহাকনা পুথোকপি অরোনবশিং আসমান অমসুং পৃথিবীগী, অমসুং মহাকনা খঙই নখোইনা লোৎশিনবসু অমসুং নখোইনা ফোংদোকপসু।

اللَّهُ لَا إِلَٰهَ إِلَّا هُوَ رَبُّ الْعَرْشِ الْعَظِيمِ ﴿٢٦﴾ السجدة

২৭। অল্লাহ, লৈতে চীঙু লাই কনামতা মহাক নত্তবা, (মহাক্তি) মপুনি অচৌবা (শক্তিগী) সিংহাসনগী।"

সিজদা

২৮। সুলৈমান্না হায়খিঃ (ফরে) ঐখোইনা য়েংগনি নংনা অচুম্বা ঙাঙব্রা নত্ত্রগা নং মীনম্বা ঙাঙবা (মী) না।

قَالَ سَنَنظُرُ أَصَدَقْتَ أَمْ كُنتَ مِنَ الْكَاذِبِينَ ۝٢٧

২৯। নং চৎলু ঐগী চিঠি অসি পুরদুনা অমসুং পীয়ু মসি মখোইদা, অদুগী তুংদা নং হন্দোরকও মখোইদগী অমসুং য়েংউ মখোইনা করি (পাওখুম) হল্লকপা।

اذْهَب بِّكِتَابِي هَٰذَا فَأَلْقِهْ إِلَيْهِمْ ثُمَّ تَوَلَّ عَنْهُمْ فَانظُرْ مَاذَا يَرْجِعُونَ ۝٢٨

৩০। (মহারাণী) মহাকনা হায়খি (চিঠি অদু ফংখিবদা)ঃ হো অঙম্বশিং! ঈকাইখুম্নবগী মশক ওইরবা চিঠি অমা পীররে ঐঙোন্দা।

قَالَتْ يَا أَيُّهَا الْمَلَأُ إِنِّي أُلْقِيَ إِلَيَّ كِتَابٌ كَرِيمٌ ۝٢٩

৩১। মসি সুলৈমান্দগীনি, অমসুং (মরোলদি অসুম্না রাহৌবিরিঃ) "হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা;"

إِنَّهُ مِن سُلَيْمَانَ وَإِنَّهُ بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ۝٣٠

৩২। (অসুম্না রারোয়বিরিঃ) "পোংথোক-চাউথোকপা তৌগনু ঐঙোন্দা তৌইগুম্বসুং চঙজরকও ঐঙোন্দা।"

ع أَلَّا تَعْلُوا عَلَيَّ وَأْتُونِي مُسْلِمِينَ ۝٣١

৩ শুবা রুকূ

৩৩। মহারাণীনা হায়খিঃ "হো অঙম্বশিং! পাওতাক পীয়ু ঐগী থবক অসিদা; ঐনা কদৌঙৈদসু রা লেপ্তে থবক অমতা নখোই য়াওদনা (অমসুং তাকপিয়ু নখোইগী মত হৌজিক করি তৌসিবা)।"

قَالَتْ يَا أَيُّهَا الْمَلَأُ أَفْتُونِي فِي أَمْرِي مَا كُنتُ قَاطِعَةً أَمْرًا حَتَّىٰ تَشْهَدُونِ ۝٣٢

৩৪। মখোইনা পাওখুমখিঃ "ঐখোই শামু পাঙ্গলনবনি অমসুং (শাফম লানফমদা) থৌনা ফবনি, তৌইগুম্বসুং হুকুমদি নহাক্কীনি, মরম অদুনা তাকপিয়ু নহাকনা করি হুকুম পামলিবা।"

قَالُوا نَحْنُ أُولُو قُوَّةٍ وَأُولُو بَأْسٍ شَدِيدٍ وَالْأَمْرُ إِلَيْكِ فَانظُرِي مَاذَا تَأْمُرِينَ ۝٣٣

৩৫। মহারাণীনা হায়খিঃ "তশেংবমক নিংথৌশিংনা চঙলবদি লৈবাক অমদা, লুট তৌই মদু অমসুং মফম অদুগী অচৌ-অশাংশিং লৈখা তাহল্লিঃ অমসুং অসুম্না মখোইনা তৌরগনি (ঐখোইদা)।

قَالَتْ إِنَّ الْمُلُوكَ إِذَا دَخَلُوا قَرْيَةً أَفْسَدُوهَا وَجَعَلُوا أَعِزَّةَ أَهْلِهَا أَذِلَّةً ۖ وَكَذَٰلِكَ يَفْعَلُونَ ۝٣٤

৩৬। "তৌইগুম্বসুং ঐনা শোয়দনমক থাগনি খুদোল অমা (অচৌবা) মখোইদা অমসুং য়েংগনি

وَإِنِّي مُرْسِلَةٌ إِلَيْهِم بِهَدِيَّةٍ فَنَاظِرَةٌ بِمَ يَرْجِعُ

الْمُرْسَلُوْنَ ﴿٣٥﴾

করি (পাওখুম) রাজদূতশিংনা পুরকপা।"

فَلَمَّا جَآءَ سُلَيْمٰنَ قَالَ اَتُمِدُّوْنَنِ بِمَالٍ فَمَآ اٰتٰىنِۦَ اللّٰهُ خَيْرٌ مِّمَّآ اٰتٰىكُمْ بَلْ اَنْتُمْ بِهَدِيَّتِكُمْ تَفْرَحُوْنَ ﴿٣٦﴾

৩৭। মরম অদুনা (মহারাণীগী রাজদূত) লাকখিবা মতমদা সুলৈমান্দা, মহাকনা হায়খিঃ "নখোইনা তেংবাংনীংব্রা ঐবু নচাক-নরন পীদুনা? তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা ঐঙোন্দা পীবা অদুনা ফবা হেল্লি মহাকনা নখোইদা পীবা অদূদগী। নত্তে, নখোইনি হরাওজরিবা নখোইগী খুদোল (পোৎশিং) দা।

اِرْجِعْ اِلَيْهِمْ فَلَنَاْتِيَنَّهُمْ بِجُنُوْدٍ لَّا قِبَلَ لَهُمْ بِهَا وَلَنُخْرِجَنَّهُمْ مِّنْهَآ اَذِلَّةً وَّهُمْ صٰغِرُوْنَ ﴿٣٧﴾

৩৮। "নখোই হন্দুনা চৎখ্রো মখোইগী মনাক্তা; ঐখোই শোয়দনমক লাকলগনি মখোইদা লান্মী তেঙ্গোলগা লোয়ননা মদু মায়োক্নবগী মখোই লৈরোই মপাঙ্গল, অমসুং ঐখোইনা তাথোক-পিগনি মখোইবু মফম অদুদগী ঈকাই ফিরুক খুমহন্দুনা, অমসুং মখোইবু লৈখা তাহনবিগনি।"

قَالَ يٰۤاَيُّهَا الْمَلَؤُا اَيُّكُمْ يَاْتِيْنِيْ بِعَرْشِهَا قَبْلَ اَنْ يَّاْتُوْنِيْ مُسْلِمِيْنَ ﴿٣٨﴾

৩৯। মহাকনা (মনাইশিংদা) হায়খিঃ "হো অঙম-অথৌবশিং! নখোই কনানা পুরক্কে হায়বা ঐগী ইনাক্তা মহাক্কী (থারকখিবা) সিংহাসন অদু মখোইনা (ঐনা হায়বদা য়াদুনা) খা থোংলে হায়জবগী লাক্তরিঙৈ মমাংদা?"

قَالَ عِفْرِيْتٌ مِّنَ الْجِنِّ اَنَا اٰتِيْكَ بِهٖ قَبْلَ اَنْ تَقُوْمَ مِنْ مَّقَامِكَ وَاِنِّيْ عَلَيْهِ لَقَوِيٌّ اَمِيْنٌ ﴿٣٩﴾

৪০। রাং চাওনা কনবা অমনা জিনশিংগী মরক্তগী হায়খিঃ "ঐনা পুজরক্কনি মদু নহাক্কী ননাক্তা নহাকনা হৌগত্তরিঙৈগী মমাংদা নহাক্কী মফমদগী; অমসুং থাঙ্গৈমকশেংনা ঐসে অকনবনি, থাজনঙাই ওইবনি মসিগীদমক।"

قَالَ الَّذِيْ عِنْدَهٗ عِلْمٌ مِّنَ الْكِتٰبِ اَنَا اٰتِيْكَ بِهٖ قَبْلَ اَنْ يَّرْتَدَّ اِلَيْكَ طَرْفُكَ فَلَمَّا رَاٰهُ مُسْتَقِرًّا عِنْدَهٗ

৪১। (অঙম্বশিংগী মরক্তগী) কিতাবকী জ্ঞান লৈবা মী অমনা হায়খিঃ "ঐনা পুজরক্কনি মদু নহাক্কী ননাক্তো মিৎকুপ অমগী মনুংদা।" অদুগী তুংদা (সুলৈমান) মহাকনা উরবদা মদু পুরক্কুনা থম্বা মহাক্কী মমাংদা, মহাকনা হায়খিঃ "মসি ঐগী মপুগী থৌজালনি অদুনা মহাকনা চাং য়েংবিগ-দৌরি ঐবু তৌবিমল খঙবা উৎপ্রা নত্ত্রগা উত্তব্রা। অদুগা কনাগুম্বনা তৌবিমল খঙবা উৎলবদি, মহাক তৌবিমল খঙবা উৎলি মহাক মশামক্কী

قَالَ هٰذَا مِنْ فَضْلِ رَبِّيْ لِيَبْلُوَنِيْۤ ءَاَشْكُرُ اَمْ اَكْفُرُ وَمَنْ شَكَرَ فَاِنَّمَا يَشْكُرُ لِنَفْسِهٖ وَمَنْ كَفَرَ

فَاِنَّ رَبِّيْ غَنِيٌّ كَرِيْمٌ ۝٤٠

থরাইগী (কান্নবা ওইনবগী); তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা তৌবিমল খঙবা উত্তরবদি (মহাকনা থোকহল্লি মশামক্কী অমাঙবা), অদু ওইরবদি ঐগী মপুদি অরাং-অপা লৈতবনি, পুকচেন চাওবনি।"

قَالَ نَكِّرُوْا لَهَا عَرْشَهَا نَنْظُرْ اَتَهْتَدِيْٓ اَمْ تَكُوْنُ مِنَ الَّذِيْنَ لَا يَهْتَدُوْنَ ۝٤١

৪২। মহাকনা (মখা শমথদুনা) হায়খিঃ "মশক খঙহনগনু মহাক্কী সিংহাসন মঙোন্দা; ঐখোই য়েংসি মহাক ইনব্রা অচুম্বা লমজিং নত্রগা মহাক ওইব্রা (অমা) লমজিং ইন্দবশিংগী মরক্তা (মহাক্কী অশেংবা সিংহাসনগী মরমদা রা পুথোরক্লুনা)।

فَلَمَّا جَآءَتْ قِيْلَ اَهٰكَذَا عَرْشُكِ ۭ قَالَتْ كَاَنَّهٗ هُوَ ۚ وَاُوْتِيْنَا الْعِلْمَ مِنْ قَبْلِهَا وَكُنَّا مُسْلِمِيْنَ ۝٤٢

৪৩। মরমদুনা (মহারাণী) মহাকনা লাকখিবা মতমদা (সুলৈমানগী দরবারদা) অসি হায়বিখি (মঙোন্দা)ঃ "নংগী সিংহাসন (ঐঙোন্দা খুদোল থারকখিবদু) মানব্রা (ঐখোইনা থমলিবা) অসি?" মহাকনা পাওখুমখিঃ "মসিগা পুম্মান-মান্নবগুম তৌই। অদুগা ঐখোইদা জ্ঞান পীবিখ্রে (সুলৈমানগী শক্তি অমসুং সম্পতিগী মরমদা) অসিগী মমাংদা, অমসুং ঐখোইনা চঙজগ্রে (নংঙোন্দা)।"

وَصَدَّهَا مَا كَانَتْ تَّعْبُدُ مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ ۭ اِنَّهَا كَانَتْ مِنْ قَوْمٍ كٰفِرِيْنَ ۝٤٣

৪৪। অদুবু মহাকনা ঈরাৎখিবা (লাইশিং) অল্লাহ নত্তবা অদুনা থিংজিনবিখি মহাকপু (অচুম্বা লম্বী খোঙফম্নবদগী)। তশেংবমক মহাক হৌরকখি লমফৈ-খোঙফম্নবা কাঙলুপ্তগী।

قِيْلَ لَهَا ادْخُلِى الصَّرْحَ ۚ فَلَمَّا رَاَتْهُ حَسِبَتْهُ لُجَّةً وَّكَشَفَتْ عَنْ سَاقَيْهَا ۭ قَالَ اِنَّهٗ صَرْحٌ مُّمَرَّدٌ مِّنْ قَوَارِيْرَ ڛ قَالَتْ رَبِّ اِنِّىْ ظَلَمْتُ نَفْسِيْ وَاَسْلَمْتُ مَعَ سُلَيْمٰنَ لِلّٰهِ رَبِّ الْعٰلَمِيْنَ ۝٤٤ ع

৪৫। অসি হায়বিখি মঙোন্দাঃ "কোনুংদা লেঙশিনবিসি।" মহাকনা উখিবদা (লমজং) অদু মহাকনা খনখি মদু ঈশিং ঈপাক ওইনা, অমসুং মহাকনা হাংদোকখি খুকউদগী খুজেং ফাওবগী শরুক। (মদু উরদুনা সুলৈমান্না) হায়খিঃ "মসি শৃং নানবা মিংশেল মপাকনা লৈমায় থাবা কোনুংনি।" মহারাণীনা হায়খিঃ "ঐগী মপু! থাঙ্গৈমকশেংনা ঐনা অরানবা তৌহল্লে ঐগী থরাইবু; অমসুং ঐ চঙজরি সুলৈমানগা লোয়ননা সংসার পুম্নমক্কী মপু—অল্লাহদা।"

৪ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ أَرْسَلْنَآ إِلَىٰ ثَمُودَ أَخَاهُمْ صَٰلِحًا أَنِ ٱعْبُدُوا۟ ٱللَّهَ فَإِذَا هُمْ فَرِيقَانِ يَخْتَصِمُونَ ﴿٤٥﴾

৪৬। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা (মমাংগৈদা) থাখি সমূদ (কাঙলুপ) দা মখোইগী মচিন-মনাও সালিহ (কৌব্রা)বু, মহাকনা হায়খি ঃ "ভক্তি কৎলু অল্লাহদা।" তৌইগুম্বসুং মখোই কাঙবু অনি থোক্লা খায়দোক্লদুনা খৎনখি অমগা অমগা।

قَالَ يَٰقَوْمِ لِمَ تَسْتَعْجِلُونَ بِٱلسَّيِّئَةِ قَبْلَ ٱلْحَسَنَةِ ۖ لَوْلَا تَسْتَغْفِرُونَ ٱللَّهَ لَعَلَّكُمْ تُرْحَمُونَ ﴿٤٦﴾

৪৭। মহাকনা হায়খি ঃ "হো ঐগী কাঙলুপ! করিগী নখোই থুনা লাকহন্নীংবগে ফত্তবা মমাংদা অফবগী? করি মরমগী নখোই নীজদরিবা অল্লাহগী কোকপিবা অদুনা নখোইবু ঙাকপি-কনবিনবা?

قَالُوا۟ ٱطَّيَّرْنَا بِكَ وَبِمَن مَّعَكَ ۚ قَالَ طَٰٓئِرُكُمْ عِندَ ٱللَّهِ ۖ بَلْ أَنتُمْ قَوْمٌ تُفْتَنُونَ ﴿٤٧﴾

৪৮। মখোইনা হায়খি ঃ "ঐখোইনা খল্লি নংবু অমসুং নংগা লোয়নবশিংবু (উনবদা) মঙ্গল ওইদবনি"। মহাকনা পাওখুমখি ঃ "নখোইগী ফত্তবা লাইবক (থোকলিব)দি অল্লাহগী মায়-কৈদগীনি। মদু নত্তে, নখোইসে চাং য়েংলিবা কাঙলুপনি।"

وَكَانَ فِى ٱلْمَدِينَةِ تِسْعَةُ رَهْطٍ يُفْسِدُونَ فِى ٱلْأَرْضِ وَلَا يُصْلِحُونَ ﴿٤٨﴾

৪৯। অদুগা শহর অদুদা মী মাপন (গী কাঙবু অমা) লৈরম্মী মখোইনা চাইথোকলম্মী অমাঙবা লমদন অদুদা অমসুং তৌরমদে (মীশিংবু) ফগৎহন্নবা।

قَالُوا۟ تَقَاسَمُوا۟ بِٱللَّهِ لَنُبَيِّتَنَّهُۥ وَأَهْلَهُۥ ثُمَّ لَنَقُولَنَّ لِوَلِيِّهِۦ مَا شَهِدْنَا مَهْلِكَ أَهْلِهِۦ وَإِنَّا لَصَٰدِقُونَ ﴿٤٩﴾

৫০। মখোইনা হায়খি ঃ "নখোই কসম তৌ অল্লাহগী মদুদি ঐখোইনা লাকশিনগনি মহাকপু অমসুং মহাক্কী ইমুংবু অহিংদা, অদুগী তুংদা ঐখোইনা হায়বিগনি মহাক্কী মহুৎ শীনহৌবা মীদা ঃ "ঐখোই উহৌবা (অমসুং খঙহৌবা) লৈতে মহাক্কী ইমুং লোয়শিনখিবদু অমসুং তশেংবমক ঐখোই অচুম্বা হায়রিবনি।"

وَمَكَرُوا۟ مَكْرًا وَمَكَرْنَا مَكْرًا وَهُمْ لَا يَشْعُرُونَ ﴿٥٠﴾

৫১। অদুগা মখোইনা থৌরাংখি থৌরাং অমা অমসুং ঐখোই (সু) থৌরাংখি (মায়োক্নবা) থৌরাং অমা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা খঙখিদে মদু।

فَٱنظُرْ كَيْفَ كَانَ عَٰقِبَةُ مَكْرِهِمْ أَنَّا دَمَّرْنَٰهُمْ

৫২। য়েংউ, অদুগী তুংদা, করি পোক্লরোই থোকখিবা মখোইগী (ফত্তবা) খুৎশীন অদুগী! থাঙ্গৈশেংবমক ঐখোইনা তুম-তাকহনবিখি

وَقَوْمَهُمْ أَجْمَعِينَ ﴿٥٢﴾

মখোইবু অমসুং মখোইগী মীশিংবু পুল্লপ-পুন্না।

فَتِلْكَ بُيُوتُهُمْ خَاوِيَةً بِمَا ظَلَمُوا ۗ إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَةً لِقَوْمٍ يَعْلَمُونَ ﴿٥٣﴾

৫৩। মরমদুনা (য়েংউ) অস্বাইদা হাংনা লৈরিবসে মখোইগী (মাঙ-তাকহনবিখ্রবা) ময়ুম-মকৈশিংনি, মরমদি মখোইনা অরানবা লম্বীনখিবগী। থাঙ্গৈশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা জ্ঞান লৈবা মীওইশিংগীদমক্তা।

وَأَنْجَيْنَا الَّذِينَ آمَنُوا وَكَانُوا يَتَّقُونَ ﴿٥٤﴾

৫৪। অদুগা ঐখোইনা কনবিখি অচুম্বা থাজখিবা অমসুং (মপুবু) কিনা লূনা তৌখিবা মখোইদু।

وَلُوطًا إِذْ قَالَ لِقَوْمِهِ أَتَأْتُونَ الْفَاحِشَةَ وَأَنْتُمْ تُبْصِرُونَ ﴿٥٥﴾

৫৫। অদুগা (নীংশিঙু) লূতবু, মহাকনা হায়খিবা মতমদা মহাক্কী মীশিংদাঃ "নখোইনা তৌব্রা তুক্কচবা থবক, নখোইনা খঙনা (মদুগী অমাঙবা)?

أَئِنَّكُمْ لَتَأْتُونَ الرِّجَالَ شَهْوَةً مِنْ دُونِ النِّسَاءِ ۚ بَلْ أَنْتُمْ قَوْمٌ تَجْهَلُونَ ﴿٥٦﴾

৫৬। "নখোইনা রাগীন তৌব্রা নিপাদা নুপীদা নত্তনা? নত্তে, থাঙ্গৈশেংবমক নখোই খঙবা রাংপা মীশিংনি।"

فَمَا كَانَ جَوَابَ قَوْمِهِ إِلَّا أَنْ قَالُوا أَخْرِجُوا آلَ لُوطٍ مِنْ قَرْيَتِكُمْ ۖ إِنَّهُمْ أُنَاسٌ يَتَطَهَّرُونَ ﴿٥٧﴾

৫৭। তৌইগুম্বসং মহাক্কী মীশিংগী পাওখুমদা মখোইনা (অমনা অমদা) অসিতা রাহৈনখিঃ "তাথোকখো লূতকী মতুং ইনবশিংবু নখোইগী শহরদগী; মখোই তশেংবমক অশেংবা শাজিন্নে।"

فَأَنْجَيْنَاهُ وَأَهْلَهُ إِلَّا امْرَأَتَهُ قَدَّرْنَاهَا مِنَ الْغَابِرِينَ ﴿٥٨﴾

৫৮। মরমদুনা ঐখোইনা কনবিখি মহাকপু অমসুং মহাক্কী মতুং ইনবশিংবু মহাক্কী নুপী নত্তনাঃ মহাকপু ঐখোইনা য়াথংনবিখি ওইনবা (অমা) তুংদা লৈথহৌবশিংগী।

وَأَمْطَرْنَا عَلَيْهِمْ مَطَرًا ۖ فَسَاءَ مَطَرُ الْمُنْذَرِينَ ﴿٥٩﴾ ع

৫৯। অদুগা ঐখোইনা চুহনবিখি মখোইগী মথক্তা নোং অমা; ফত্তবনি তাখিবা নোং অদু (হান্না) চেকশন্নবা হায়বিখ্রবশিংগী মথক্তা।

৫ শুবা রুকূ

قُلِ الْحَمْدُ لِلَّهِ وَسَلَامٌ عَلَىٰ عِبَادِهِ الَّذِينَ اصْطَفَىٰ ۗ آللَّهُ خَيْرٌ أَمَّا يُشْرِكُونَ ﴿٦٠﴾

৬০। হায়য়ুঃ থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহবুনি অমসুং অঙৈংবা লৈহনবিসনু মহাক্কী মনাইশিং মহাকনা খনগৎপিখ্রবদা। অল্লাহনা হেন্না ফব্রা নত্রগা মখোইনা (মহাক্কী) মশরুক য়ামিন্নবশিংনি হায়না থৈজিনবদুনা (হেন্না ফব্রা)?

সিপারহ ২০ ঃ অম্মন খলক

الجزء ٢٠

৬১। নত্ত্রগা কনানা লৈশেম-নুংশেমখিবা আসমান অমসুং পৃথিবীবু, অমসুং তাহনবগে নোং-ঈশিং নখোইগীদমক্তা অতিয়াদগী? অদুনা ঐখোইনা হৌহল্লি মদুগী মতেংনা ফজরবা হৈকোনশিং—নখোইগী নতিক লৈতে হৌহনবা মদুদা হৌবা উপাম্বীশিং (অল্লাহনা হৌহনবা নত্তনা)। অল্লাহ নত্তবা (অতোপ্পা) লাই অমা লৈব্রা? নত্তে, মখোই লম শেরান্নখ্রবা মীশিংনি।

أَمَّنْ خَلَقَ السَّمٰوٰتِ وَالْأَرْضَ وَأَنْزَلَ لَكُمْ مِّنَ السَّمَآءِ مَآءً فَأَنْۢبَتْنَا بِهٖ حَدَآئِقَ ذَاتَ بَهْجَةٍ مَّا كَانَ لَكُمْ أَنْ تُنْۢبِتُوْا شَجَرَهَا ءَاِلٰهٌ مَّعَ اللّٰهِ بَلْ هُمْ قَوْمٌ يَّعْدِلُوْنَ ﴿٦٠﴾

৬২। নত্ত্রগা, কনানা লৈশেম-নুংশেমখিবা পৃথিবীসে পোত্থাফম অমা ওইনা, অমসুং থমখিবা তুরেলশিং মদুগী মরক-মরক্তা, অমসুং খিনখিবা মদুগী মথক্তা চীংজাওশিং, অমসুং থমখিবা (অথিংবা) পল অমা সমুদ্র ঈপাক অনিগী মরক্তা? অল্লাহ নত্তবা (অতোপ্পা) লাই অমা লৈব্রা? নত্তে মখোই অয়াম্বনা খঙদে।

أَمَّنْ جَعَلَ الْأَرْضَ قَرَارًا وَّجَعَلَ خِلٰلَهَآ أَنْهٰرًا وَّجَعَلَ لَهَا رَوَاسِيَ وَجَعَلَ بَيْنَ الْبَحْرَيْنِ حَاجِزًا ءَاِلٰهٌ مَّعَ اللّٰهِ بَلْ أَكْثَرُهُمْ لَا يَعْلَمُوْنَ ﴿٦١﴾

৬৩। নত্ত্রগা, কনানা পাওখুম্বিবগে শাথীনা নংলবা মীনা হায়জবগী কৌরকপদা মহাকপু, অমসুং লৌথোকপিবগে ফত্তবদু, অমসুং শেম্বি-খিবগে নখোইবু মহুৎ শীনবশিং (হৌখিবা মীরোনশিংগী) পৃথিবীদা? অল্লাহ নত্তবা (অতোপ্পা) লাই অমা লৈব্রা? নখোইনা রাখল করিসু তৌদে।

أَمَّنْ يُّجِيْبُ الْمُضْطَرَّ إِذَا دَعَاهُ وَيَكْشِفُ السُّوْٓءَ وَيَجْعَلُكُمْ خُلَفَآءَ الْأَرْضِ ءَاِلٰهٌ مَّعَ اللّٰهِ قَلِيْلًا مَّا تَذَكَّرُوْنَ ﴿٦٢﴾

৬৪। নত্ত্রগা, কনানা লমজিংবিবগে নখোইবু অমম্বদা কংফালগী অমসুং সমুদ্রগী, অমসুং কনানা থারকপগে নুংশিৎপু হরাওবা পাও পুবা ওইনা মমাংথানা মহাক্কী থৌজালগী? অল্লাহ নত্তবা (অতোপ্পা) লাই অমা লৈব্রা? মতিক মঙাল রাংনা লৈখ্রে অল্লাহদি মখোইনা থংজল্লিবা অদুদগী মঙোন্দা।

أَمَّنْ يَّهْدِيْكُمْ فِيْ ظُلُمٰتِ الْبَرِّ وَالْبَحْرِ وَمَنْ يُّرْسِلُ الرِّيٰحَ بُشْرًاۢ بَيْنَ يَدَيْ رَحْمَتِهٖ ءَاِلٰهٌ مَّعَ اللّٰهِ تَعٰلَى اللّٰهُ عَمَّا يُشْرِكُوْنَ ﴿٦٣﴾

৬৫। নত্ত্রগা, কনানা (হান্না) পুথোকখিবা জীবশিংবু অমসুং মতুংদা অমুকহন্না থোকহনবা মদুবু অমসুং কনানা পীবগে চিঞ্জাক নখোইদা

أَمَّنْ يَّبْدَؤُا الْخَلْقَ ثُمَّ يُعِيْدُهٗ وَمَنْ يَّرْزُقُكُمْ

مِّنَ السَّمَآءِ وَالْأَرْضِ ۗ أَءِلَٰهٌ مَّعَ اللَّهِ ۚ قُلْ هَاتُوا بُرْهَانَكُمْ إِن كُنتُمْ صَادِقِينَ ﴿٦٤﴾

অতিয়াদগী অমসুং পৃথিবীদগী? অল্লাহ নত্তবা (অতোপ্পা) লাই অমা লৈব্রা? হায়য়ু "পুথোরকও নখোইগী দলিল, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।"

قُل لَّا يَعْلَمُ مَن فِي السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ الْغَيْبَ إِلَّا اللَّهُ ۚ وَمَا يَشْعُرُونَ أَيَّانَ يُبْعَثُونَ ﴿٦٥﴾

৬৬। হায়য়ুঃ "স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদা লৈবা কনামতনা খঙদে উদবগী ঈ-পাও অল্লাহ নত্তনা; অমসুং মখোইনা খঙদে মখোই (শিরবা মতুংদা) করম্বা মতমদা হিংগৎকনি হায়বা।"

بَلِ ادَّارَكَ عِلْمُهُمْ فِي الْآخِرَةِ ۚ بَلْ هُمْ فِي شَكٍّ مِّنْهَا ۖ بَلْ هُم مِّنْهَا عَمُونَ ﴿٦٦﴾ ع

৬৭। নত্তে, মখোইগী জ্ঞান্না লাম্বা ফংদে শিরবা মতুংগী পুন্সিবু। নত্তে, মখোইনা চিংনৈ মদুগী মরমদা। নত্তে, মখোই মমিৎ তাংই মদুদা।

৬ শুবা রুকূ

وَقَالَ الَّذِينَ كَفَرُوا أَإِذَا كُنَّا تُرَابًا وَآبَاؤُنَا أَئِنَّا لَمُخْرَجُونَ ﴿٦٧﴾

৬৮। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা হায়ঃ "করি! ঐখোইবু অমসুং ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংবু (শিরবা মতুংদা) লৈবাক ওনহনবিগ্রবদা, থাঙ্গে-মকশেংনা ঐখোইবু অমুক পুথোকপিগদৌরিব্রা (ঐখোইগী মোংফমশিংদগী)?

لَقَدْ وُعِدْنَا هَٰذَا نَحْنُ وَآبَاؤُنَا مِن قَبْلُ إِنْ هَٰذَا إِلَّا أَسَاطِيرُ الْأَوَّلِينَ ﴿٦٨﴾

৬৯। "তশেংবমক ঐখোইদা ব্রাশকপিগ্রে মসি (কয়ারক হন্না)— ঐখোইদা অমসুং ঐখোইগী ইপা ইপুশিংদা মমাংঙৈদা; মসি করিসু নত্তে রারীশিংনি থাইনগী।"

قُلْ سِيرُوا فِي الْأَرْضِ فَانظُرُوا كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الْمُجْرِمِينَ ﴿٦٩﴾

৭০। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "পৃথিবী কোয়য়ু অমসুং য়েংউ করি পোল্লো ই থোকখিবা পাপীশিং!"

وَلَا تَحْزَنْ عَلَيْهِمْ وَلَا تَكُن فِي ضَيْقٍ مِّمَّا يَمْكُرُونَ ﴿٧٠﴾

৭১। অদুগা নং থরাই রাগনু মখোইগীদমক্তা নত্ত্রগা পুকনিং নুংঙাইতবা তৌগনু মখোইনা শরৌ শীনবগী (নংগী মায়োক্তা)।

وَيَقُولُونَ مَتَىٰ هَٰذَا الْوَعْدُ إِن كُنتُمْ صَادِقِينَ ﴿٧١﴾

৭২। অদুগা মখোইনা হায় (নংঙোন্দা)ঃ "করম্বা মতমদা ব্রাশক অসি (পাংথোক্কনি), নংনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা?"

قُلْ عَسَىٰ أَن يَكُونَ رَدِفَ لَكُم بَعْضُ الَّذِي تَسْتَعْجِلُونَ ﴿٧٢﴾

৭৩। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "শকক অমা নখোইনা থুনা থোকহন্নীংলিবদু নক্না লৈরম্বসু য়াই নখোইগী নতুংদা।"

৭৪। অদুগা তশেংনা নংগী মপুদি থৌজালহৈবনি মীওইবশিংদা, তৌইগুমবসুং মখোই অয়াম্বনা তৌবিমল খঙবা উত্তে।

وَإِنَّ رَبَّكَ لَذُو فَضْلٍ عَلَى النَّاسِ وَلَٰكِنَّ أَكْثَرَهُمْ لَا يَشْكُرُونَ ٧٣

৭৫। অদুগা তশেংনমক নংগী মপুনা খঙই করি লোৎশিনবা মখোইগী থবাক মনুংশিংদা অমসুং করি মখোইনা ফোংদোকপা।

وَإِنَّ رَبَّكَ لَيَعْلَمُ مَا تُكِنُّ صُدُورُهُمْ وَمَا يُعْلِنُونَ ٧٤

৭৬। অদুগা অরোনবা করিসু লৈতে স্বর্গদা অমসুং পৃথিবীদা, তৌইগুম্বসুং মদু ইশিল্লি তশেং-তশেংবা কিতাব অমদা।

وَمَا مِنْ غَائِبَةٍ فِي السَّمَاءِ وَالْأَرْضِ إِلَّا فِي كِتَابٍ مُبِينٍ ٧٥

৭৭। অদুগা থাঙ্গৈমকশেংনা কুরআন অসিনা শন্দোক্লা তাকলি ইস্রাঈল মচাশিংদা অয়াম্বা রাশিং মদুগী মরমদা মখোইনা য়ানদবদু।

إِنَّ هَٰذَا الْقُرْآنَ يَقُصُّ عَلَىٰ بَنِي إِسْرَائِيلَ أَكْثَرَ الَّذِي هُمْ فِيهِ يَخْتَلِفُونَ ٧٦

৭৮। অমসুং মসি তশেংবমক লমজিংনি অমসুং থৌজালনি অচুম্বা থাজবশিংদা।

وَإِنَّهُ لَهُدًى وَرَحْمَةٌ لِلْمُؤْمِنِينَ ٧٧

৭৯। তশেংবমক নংগী মপুনা রারেপ্পিগনি মখোইগী মরক্তা মহাক্কী রায়েল বিচারনা ; অমসুং মহাক্তি পাঙ্গলবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

إِنَّ رَبَّكَ يَقْضِي بَيْنَهُمْ بِحُكْمِهِ ۚ وَهُوَ الْعَزِيزُ الْعَلِيمُ ٧٨

৮০। মরমদুনা নং আশা তৌ অল্লাহদা। থাঙ্গৈশেংবমক নংদি (লৈবনি) তশেং-তশেংনা অচুম্বা (ফিবম) দা।

فَتَوَكَّلْ عَلَى اللَّهِ ۖ إِنَّكَ عَلَى الْحَقِّ الْمُبِينِ ٧٩

৮১। তশেংবমক নংনা ঙমদে তাহনবা অশিববু, নত্রগা ঙমলোই নংনা তাহনবা নাপঙববু কৌবদা, মখোইনা তুং ওন্থোক্লুনা চৎখ্রবদা।

إِنَّكَ لَا تُسْمِعُ الْمَوْتَىٰ وَلَا تُسْمِعُ الصُّمَّ الدُّعَاءَ إِذَا وَلَّوْا مُدْبِرِينَ ٨٠

৮২। অদুগা নংনা ঙমলোই লমজিংবা মমিৎ তাংববু মখোইগী লম্মুক্কবদগী। নংনা ঙম্মি তাহনবা মখোইদুতবু ঃ মখোইনা থাজরবা ঐখোইগী পাওজেনশিংদা, মরমদুনা মখোই ওইরে রায়েল-য়াথং য়াবশিং।

وَمَا أَنْتَ بِهَادِي الْعُمْيِ عَنْ ضَلَالَتِهِمْ ۖ إِنْ تُسْمِعُ إِلَّا مَنْ يُؤْمِنُ بِآيَاتِنَا فَهُمْ مُسْلِمُونَ ٨١

৮৩। অদুগা দণ্ডগী য়াথং তারবা মতমদা মখোইগী মথক্তা, ঐখোইনা পুথোরক্কনি মখোইগী-দমক্তা তীল অমা পৃথিবীদগী, মদুনা রা ঙাঙগনি মখোইদা মরমদি মীশিংনা থাজরমদে ঐখোইগী পাওজেনশিংদা।

وَإِذَا وَقَعَ الْقَوْلُ عَلَيْهِمْ أَخْرَجْنَا لَهُمْ دَابَّةً مِنَ الْأَرْضِ تُكَلِّمُهُمْ أَنَّ النَّاسَ كَانُوا بِآيَاتِنَا لَا يُوقِنُونَ ٨٢ ع

৭ শুবা রুকূ

৮৪। অদুগা (নীংশিংবিয়ু মখোইদা) নুমিৎ অদুদা ঐখোইনা জমা তৌশিনবিগনি জাতি খুদিংমক্তগী খুৎপু অমমম মরক্তগী মখোইনা য়াথিদবা ঐখোইগী পাওজেনশিং (অরানবা কয়া হায়জিন্দুনা), মতমদুদা মখোইবু থম্বিগনি (তোঙান-তোঙানবা) কাঙবু থোক্লা।

وَيَوْمَ نَحْشُرُ مِنْ كُلِّ اُمَّةٍ فَوْجًا مِّمَّنْ يُّكَذِّبُ بِاٰيٰتِنَا فَهُمْ يُوْزَعُوْنَ ﴿٨٣﴾

৮৫। য়ৌবফাওবা, মখোইনা লাকখ্রবদা (অল্লাহগী রায়েল-ফম্বে মমাংদা), মহাকনা হায়বিগনি ঃ নখোইনা লৌ হায়বা য়াথিদব্রা ঐগী পাওজেনশিংবু নখোইনা খঙলমদ্রবসু নখোইগী জ্ঞান্না ? নত্তুগা নখোই করি তৌরম্বগে ?

حَتّٰىٓ اِذَا جَآءُوْ قَالَ اَكَذَّبْتُمْ بِاٰيٰتِىْ وَلَمْ تُحِيْطُوْا بِهَا عِلْمًا اَمَّا ذَا كُنْتُمْ تَعْمَلُوْنَ ﴿٨٤﴾

৮৬। অদুগা (অরাফম-তাবগী) হুকুম হায়দোকপিগনি মখোইদা মরমদি মখোই ফত্তরম লম্বীনরুম্মী, মরমদুনা মখোই রা ঙাঙলরোই।

وَوَقَعَ الْقَوْلُ عَلَيْهِمْ بِمَا ظَلَمُوْا فَهُمْ لَا يَنْطِقُوْنَ ﴿٨٥﴾

৮৭। মখোইবু উদব্রা ঐখোইনা শেমখি অহিংবু মখোইগী পোথানবগী অমসুং নুংথিলবু মঙাল পীনবগী ? থাঙ্গেমকশেংনা মসিদা লৈরে খুদমশিং (ভাব তানবগী) অচুম্বা থাজবা মীশিংগীদমক্তা

اَلَمْ يَرَوْا اَنَّا جَعَلْنَا الَّيْلَ لِيَسْكُنُوْا فِيْهِ وَالنَّهَارَ مُبْصِرًا ؕ اِنَّ فِىْ ذٰلِكَ لَاٰيٰتٍ لِّقَوْمٍ يُّؤْمِنُوْنَ ﴿٨٦﴾

৮৮। অদুগা (নীংশিংবিয়ু মখোইদা) নুমিৎ অদুদা পেরে শিঙ্গা খোংলকপা মতমদা, স্বর্গদা লৈবশিং অমসুং পৃথিবীদা লৈবশিং তুজুং মিপাইগনি, নত্তনা অল্লাহনা চানবিবা মহাকদু। পুম্নমক লাক্কনি মহাক্কী মনাক্তা লুক্না নোন্না।

وَيَوْمَ يُنْفَخُ فِى الصُّوْرِ فَفَزِعَ مَنْ فِى السَّمٰوٰتِ وَمَنْ فِى الْاَرْضِ اِلَّا مَنْ شَآءَ اللّٰهُ ؕ وَكُلٌّ اَتَوْهُ دٰخِرِيْنَ ﴿٨٧﴾

৮৯। অদুগা নংনা উই চীংজাওশিং মদু নংনা থল্লি চেৎনা লেপখ্রবদৌনা, তৌইগুম্বসুং মখোই মাঙখিগনি নোংনা মাঙখিবগুম (অতিয়া মকোয়দা) — (মসি) অল্লাহগী মখুৎনা তৌবা থবকনি, মহাকনা শেম-শাই পোৎ খুদিংমকপু মপুংফানা। তশেংবমক মহাক্তি ইখঙ-খঙবনি নখোইনা তৌরিবা পুম্বা।

وَتَرَى الْجِبَالَ تَحْسَبُهَا جَامِدَةً وَّهِىَ تَمُرُّ مَرَّ السَّحَابِ ؕ صُنْعَ اللّٰهِ الَّذِىْٓ اَتْقَنَ كُلَّ شَىْءٍ ؕ اِنَّهٗ خَبِيْرٌۢ بِمَا تَفْعَلُوْنَ ﴿٨٨﴾

৯০। কনাগুম্বনা তৌরবদি অফবা থবক অমা,

مَنْ جَآءَ بِالْحَسَنَةِ فَلَهٗ خَيْرٌ مِّنْهَا ۚ وَهُمْ مِّنْ فَزَعٍ

يَوْمَئِذٍ اٰمِنُوْنَ ﴿٨٩﴾

মহাক ফংগনি মদুদগী হেন্না ফবা, অমসুং অসিগুম্বা মীওইশিং খুদোংথীবা লৈরোই অকিবদগী নুমিৎ অদুদা।

وَمَنْ جَآءَ بِالسَّيِّئَةِ فَكُبَّتْ وُجُوْهُهُمْ فِي النَّارِ ؕ هَلْ تُجْزَوْنَ اِلَّا مَا كُنْتُمْ تَعْمَلُوْنَ ﴿٩٠﴾

৯১। অদুগা কনাগুম্বনা তৌরবদি ফত্তবা থবক অমা, মসিগুম্বা মীওইশিং হুনজিনবিগনি মমায়শিং উপহন্দুনা খাম্বি মৈনুংদা। (মখোইদা অসি হায়বিগনি ঃ) "নখোইদা পিব্রা মনা-মথিন মখোইনা (তশেংনা) তৌরম্বগী নত্তনা ?"

اِنَّمَاۤ اُمِرْتُ اَنْ اَعْبُدَ رَبَّ هٰذِهِ الْبَلْدَةِ الَّذِيْ حَرَّمَهَا وَلَهٗ كُلُّ شَيْءٍ ؗ وَّاُمِرْتُ اَنْ اَكُوْنَ مِنَ الْمُسْلِمِيْنَ ﴿٩١﴾

৯২। (হায়য়ু ঃ!) "তশেংবমক ঐবু য়াথংনবিখ্রে ভক্তি কৎনবগী শহর অসিগী মপুদা, মহাকনা শেংদোকপিখ্রে মদু অমসুং মহাক্কীনি পোৎ পুম্নমক ; অমসুং ঐবু য়াথংনবিখ্রে ওইনবা (অমা, অল্লাহদা) চঙজবশিংগী,

وَاَنْ اَتْلُوَا الْقُرْاٰنَ ۚ فَمَنِ اهْتَدٰى فَاِنَّمَا يَهْتَدِيْ لِنَفْسِهٖ ۚ وَمَنْ ضَلَّ فَقُلْ اِنَّمَاۤ اَنَا مِنَ الْمُنْذِرِيْنَ ﴿٩٢﴾

৯৩। "অমসুং কুরআন থীথনবা।" মরমদুনা কনাগুম্বনা ইল্লবদি লমজিং, মহাকনা ইল্লি মদু মহাক্কী থরাইগী (কান্নবগী) ; তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা শেরান্নলা চৎথোকলবদি (নং) হায়য়ু ঃ "ঐদি ইচম-চম্বা চেকশল্লবা হায়বিবা মীনি।"

وَقُلِ الْحَمْدُ لِلّٰهِ سَيُرِيْكُمْ اٰيٰتِهٖ فَتَعْرِفُوْنَهَا ؕ وَمَا رَبُّكَ بِغَافِلٍ عَمَّا تَعْمَلُوْنَ ﴿٩٣﴾

৯৪। অদুগা হায়য়ু ঃ "থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহবুনি ; মহাকনা থুনা উহনবিগনি নখোইবু মহাক্কী খুদমশিং অদুনা নখোইনা মশক খঙগনি মখোইবু।" অদুগা নখোইগী মপুনা খঙদবা নত্তে নখোইনা তৌবদু।

سُوْرَةُ الْقَصَصِ مَكِّيَّةٌ (٢٨)

সূরহ.২৮ আল-কসস

(হিজরী মমাংদা থাখি. আয়াত মশিং ৮৯ নি)

| | |
|---|---|
| ১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা। | بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ① |
| ২। অশেংবা মপু, পোৎ পুম্নমক তাবা অমসুং ঙাম্থোইনা চীং লেমখ্রবা মপু (তাহের, সমী'অ, মজীদ)। | طٰسٓمّٓ ② |
| ৩। পুম্নমকসি শৈরেংশিংনি তশেং-তশেংবা কিতাবকী। | تِلْكَ اٰيٰتُ الْكِتٰبِ الْمُبِيْنِ ③ |
| ৪। ঐখোইনা থীথবিরি নংঙোন্দা মুসা অমসুং ফিরঔনগী ৱারী অচুম্বগা লোয়নননা, (কান্নহন্নবগী, অচুম্বা) থাজবা মীশিংগীদমক্তা। | نَتْلُوْا عَلَيْكَ مِنْ نَّبَاِ مُوْسٰى وَفِرْعَوْنَ بِالْحَقِّ لِقَوْمٍ يُّؤْمِنُوْنَ ④ |
| ৫। তশেংবমক ফিরঔন্দু পোংথোক-চাউথোকলম্মী (মহাক্কী) মরমদমদা অমসুং মহাকনা খায়দোকলম্মী মদুগী মীশিংবু কাংলুপ থোক্লা; মহাকনা হোৎনখি শোন্থহন্নবগী কাংলুপ অমবু মখোইগী মরক্তগী, হাৎপিদুনা মখোইগী মচা পিবাশিং অমসুং খাকপিদুনা মোমনু নুজা ওইবীশিংবু। মহাক তশেংনা ওইরম্মী (অমা) ফত্তনবা শীনবশিংগী। | اِنَّ فِرْعَوْنَ عَلَا فِى الْاَرْضِ وَجَعَلَ اَهْلَهَا شِيَعًا يَّسْتَضْعِفُ طَآئِفَةً مِّنْهُمْ يُذَبِّحُ اَبْنَآءَهُمْ وَيَسْتَحْيٖ نِسَآءَهُمْ ۗ اِنَّهٗ كَانَ مِنَ الْمُفْسِدِيْنَ ⑤ |
| ৬। অদুগা ঐখোইনা পামলম্মী থৌজালবিবা অশোনবনি হায়না খন্নরম্বা (ইস্রাঈলশিং)বু লম অদুদা অমসুং ওইহনবা মখোইবু ফমলেন লুচিংবশিং অমসুং ওইহনবা মখোইবু স্বত্ব ফংবা মীশিং (ঐখোইগী থৌজালশিংগী). | وَنُرِيْدُ اَنْ نَّمُنَّ عَلَى الَّذِيْنَ اسْتُضْعِفُوْا فِى الْاَرْضِ وَنَجْعَلَهُمْ اَئِمَّةً وَّنَجْعَلَهُمُ الْوٰرِثِيْنَ ⑥ |
| ৭। অমসুং লিংখৎপা মখোইবু (শক্তি অমা ওইনা লম অদুদা) অমসুং উহনবা ফিরঔন অমুং হামান অমসুং মখোইগী লান্মী তেঙ্গোলশিংবু মখোইনা (মশিঞ্জাং ওইনা) কিরম্বদু (নমহৎপিখ্রবা) মখোইদগী। | وَنُمَكِّنَ لَهُمْ فِى الْاَرْضِ وَنُرِيَ فِرْعَوْنَ وَهَامٰنَ وَجُنُوْدَهُمَا مِنْهُمْ مَّا كَانُوْا يَحْذَرُوْنَ ⑦ |

৮। অদুগা ঐখোইনা ফোংদোকপিখি মুসাগী মমাদা (অসি হায়দুনা)ঃ "খোম পিথকও মহাকপু; অদুগী তুংদা নংনা চিংনরকলবা মতমদা মহাক্কী মরমদা (নিংথৌনাইশিংনা ফংখিবা য়াই হায়বগী মহাকপু), মতমদুদা হুংথখো মহাকপু তুরেলদা অমসুং কিগনু, নত্রগা নথরাই য়াম্না রাগনু। তশেংবমক ঐখোইনা হঞ্জিনবিগনি মহাকপু নংঙোন্দা অমসুং শেম্বিগনি মহাকপু রসুল অমা।

وَاَوْحَيْنَآ اِلٰٓى اُمِّ مُوْسٰٓى اَنْ اَرْضِعِيْهِ ۚ فَاِذَا خِفْتِ عَلَيْهِ فَاَلْقِيْهِ فِى الْيَمِّ وَلَا تَخَافِىْ وَلَا تَحْزَنِىْ ۚ اِنَّا رَآدُّوْهُ اِلَيْكِ وَجَاعِلُوْهُ مِنَ الْمُرْسَلِيْنَ ⑦

৯। মরমদুনা ফিরঔনগী মীশিংনা লৌখৎপিখি মহাকপু অদুনা (কায়থংদা) মহাক ওইরক্কনি মখোইগী য়েক্কবা অমসুং অরাব (গী মরম)। তশেংবমক ফিরঔন অমসুং হামান অমসুং মখোইগী লান্মী তেঙ্গোলশিং ওইরম্মী অরানবা লম্বীনবশিং।

فَالْتَقَطَهٗٓ اٰلُ فِرْعَوْنَ لِيَكُوْنَ لَهُمْ عَدُوًّا وَّحَزَنًا ۗ اِنَّ فِرْعَوْنَ وَهَامٰنَ وَجُنُوْدَهُمَا كَانُوْا خٰطِـِٕيْنَ ⑧

১০। অদুগা ফিরঔনগী নুপীনা হায়খিঃ "(অঙাং) সে ওইগনি নুংঙাইনঙাই ঐগী অমসুং নংগী মিৎকী। হাৎপিগনু মহাকপু। মহাক ওইরকপসু য়াই কান্নবা ঐখোইদা, নত্রগা ঐখোইনা লৌরবসু য়াই মহাকপু (ঐখোইগী) ইচা-নিপা অমা ওইনা।" অদুগা মখোইনা খঙলমদে (মখোইগী অরাবা দশা মদুগী)।

وَقَالَتِ امْرَاَتُ فِرْعَوْنَ قُرَّتُ عَيْنٍ لِّىْ وَلَكَ ۗ لَا تَقْتُلُوْهُ ۖ عَسٰٓى اَنْ يَّنْفَعَنَآ اَوْ نَتَّخِذَهٗ وَلَدًا وَّهُمْ لَا يَشْعُرُوْنَ ⑨

১১। অদুগা মুসাগী মমাগী থম্মোইনুংদা নুংনাঙবা করিসু লৈরমদে। মহাকনা ফোংদোকলমগনি (অরোনবা রা) অদু (থোইনমক হরাওখিদুনা), ঐখোইনা চেৎশিনহল্লমদ্রবদি মহাক্কী থম্মোই অদুনা মহাকসু ওইনবা (অমা) অচুম্বা থাজবশিংগী।

وَاَصْبَحَ فُؤَادُ اُمِّ مُوْسٰى فٰرِغًا ۗ اِنْ كَادَتْ لَتُبْدِىْ بِهٖ لَوْلَآ اَنْ رَّبَطْنَا عَلٰى قَلْبِهَا لِتَكُوْنَ مِنَ الْمُؤْمِنِيْنَ ⑩

১২। অদুগা মহাকনা হায়খি মুসাগী মচেদাঃ "মতুং ইল্লু মহাকপু।" মরমদুনা মহাকনা লাপলপ্না ইন্নখি, অমসুং (অউবশিং) মখোইনা খঙখিদে (অমসুং চিংনখিদে মহাকপু),

وَقَالَتْ لِاُخْتِهٖ قُصِّيْهِ ۖ فَبَصُرَتْ بِهٖ عَنْ جُنُبٍ وَّهُمْ لَا يَشْعُرُوْنَ ⑪

১৩। অমসুং ঐখোইনা হান্নবা য়াথংনবিখ্রে মদুদি মহাকনা থকলোই খোমইনবীশিং (গী মখোম),

وَحَرَّمْنَا عَلَيْهِ الْمَرَاضِعَ مِنْ قَبْلُ فَقَالَتْ هَلْ اَدُلُّكُمْ

عَلٰٓى اَهْلِ بَيْتٍ يَّكْفُلُوْنَهٗ لَكُمْ وَهُمْ لَهٗ نٰصِحُوْنَ ⑫

মতমদুদা (মচে) মহাকনা হায়খিঃ "ঐনা তাকসিরা নখোইদা ইমুং অমা (মহাক) অদুনা য়োকপিগনি (অঙাং) মাবু নখোইগীদমক্তা অমসুং লূনা-চান্না তৌবিগনি মাবু ?"

فَرَدَدْنٰهُ اِلٰٓى اُمِّهٖ كَىْ تَقَرَّ عَيْنُهَا وَلَا تَحْزَنَ وَلِتَعْلَمَ اَنَّ وَعْدَ اللّٰهِ حَقٌّ وَّلٰكِنَّ اَكْثَرَهُمْ لَا يَعْلَمُوْنَ ⑬

১৪। অসুম্না ঐখোইনা অমুকহন্না পীখি মহাকপু মহাক্কী মমাদা অদুনা মহাক্কী মমিৎ পেনজনবা অমসুং অরাবা শরুক্কদনবা অমসুং খঙজনবা অল্লাহগী রাশক (মঙোন্দা পীবিখিবদু) চুম্মি হায়বা। তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা খঙদে (অল্লাহদি কদৌঙেদসু হায়দে য়াথং রাপে)।

২ শুবা রুকূ

وَلَمَّا بَلَغَ اَشُدَّهٗ وَاسْتَوٰٓى اٰتَيْنٰهُ حُكْمًا وَّعِلْمًا ۚ وَكَذٰلِكَ نَجْزِى الْمُحْسِنِيْنَ ⑭

১৫। অদুগা মহাকনা মীওই শুরবা অমসুং মপাঙ্গল মথেন ফারবা মতমদা, ঐখোইনা পীখি মহাকপু মহে-মশিং অমসুং জ্ঞান ; অমসুং অসুম্না ঐখোইনা পীবি মনা-মথিন অফবা থানবশিংদা (মী পুমম্নমক্তা)।

وَدَخَلَ الْمَدِيْنَةَ عَلٰى حِيْنِ غَفْلَةٍ مِّنْ اَهْلِهَا فَوَجَدَ فِيْهَا رَجُلَيْنِ يَقْتَتِلٰنِ ۗ هٰذَا مِنْ شِيْعَتِهٖ وَهٰذَا مِنْ عَدُوِّهٖ ۚ فَاسْتَغَاثَهُ الَّذِىْ مِنْ شِيْعَتِهٖ عَلَى الَّذِىْ مِنْ عَدُوِّهٖ ۙ فَوَكَزَهٗ مُوْسٰى فَقَضٰى عَلَيْهِ ۖ قَالَ هٰذَا مِنْ عَمَلِ الشَّيْطٰنِ ۗ اِنَّهٗ عَدُوٌّ مُّضِلٌّ مُّبِيْنٌ ⑮

১৬। অদুগা (কোনুংদা লৈনা-লৈনা নোংমা নুমিৎ অমদা) মহাকনা চৎলুই শহরদা মদুগী মীশিংনা (থবক্তগী) লেপথোক্লুনা অরা-পোথানরিঙৈ মতমদা ; অমসুং মহাকনা ফংলম্মী নিপা অনি খৎনরম্বা—অমনা মহাক্কী শীংলুপনি, অমসুং অতোপ্পনা মহাক্কী য়েক্লবশিংগীনি। মহাক্কী শীংলুপকী মীদু (থীনা ফুবিরদুনা) হায়জরকখি মঙোন্দা তেংবাংবিনবগী মহাক্কী য়েক্লবগা থেংনবদা। মরম অদুনা মুসানা শুখি য়েক্লবা মহাকপু মহাক্কী খুত্তুম্না অমসুং খঙহৌদনা মহাক শিখি। অদুদা মুসানা হায়খিঃ "মসি শৈতানগী থবকনি ; থাঙ্গৈশেংবমক মহাক য়েক্লবনি, তশেংনা লান্না লমজিংবা মীনি।"

قَالَ رَبِّ اِنِّىْ ظَلَمْتُ نَفْسِىْ فَاغْفِرْ لِىْ فَغَفَرَ لَهٗ ۗ اِنَّهٗ هُوَ الْغَفُوْرُ الرَّحِيْمُ ⑯

১৭। মহাকনা (অমুকসু) হায়খিঃ "ঐগী মপুও! তশেংবমক ঐ তৌজখ্রে অরানবা ঐগী থরাইদা, মরম অদুনা ঙাকপিয়ু ঐবু।" মরম অদুনা (অল্লাহ) মহাকনা ঙাকপিখ্রে মহাকপু ; থাঙ্গৈশেংবমক মহাক্তি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

قَالَ رَبِّ بِمَآ أَنْعَمْتَ عَلَىَّ فَلَنْ أَكُونَ ظَهِيرًا لِّلْمُجْرِمِينَ ﴿١٨﴾

১৮। মহাকনা (মথা শমথদুনা) হায়খি ঃ "ঐগী মপুও! (ঙসি) নহাকনা ঐবু চানবিখিবা অসিনা মরম ওইদুনা, ঐ কদৌঙৈদসু হাকন চঙজরোই মরাল লৈবশিংগী।"

فَأَصْبَحَ فِى الْمَدِينَةِ خَآئِفًا يَتَرَقَّبُ فَإِذَا الَّذِى اسْتَنْصَرَهُ بِالْأَمْسِ يَسْتَصْرِخُهُ قَالَ لَهُ مُوسَىٰٓ إِنَّكَ لَغَوِىٌّ مُّبِينٌ ﴿١٩﴾

১৯। মথং নুমিৎকী অঙনবা শরুক্তা মহাক চৎলম্মী শহরদা অকিবগা লোয়ননা (অমসুং) কোয়না য়েংলম্মী; অদুদা (য়েংউ!) মমাংগী নুমিত্তা মহাকপু তেংবাংবিনবা হায়জখিবা নিপা অদুনা লাউরকখি (অমুকহন্না) তেংবাংবিনবগী। মুসানা হায়খি মঙোন্দা ঃ "তশেংবমক নংসে খৎন-চৈনগনবা মীনি।"

فَلَمَّآ أَنْ أَرَادَ أَنْ يَبْطِشَ بِالَّذِى هُوَ عَدُوٌّ لَّهُمَا قَالَ يَٰمُوسَىٰٓ أَتُرِيدُ أَنْ تَقْتُلَنِى كَمَا قَتَلْتَ نَفْسًا بِالْأَمْسِ إِنْ تُرِيدُ إِلَّآ أَنْ تَكُونَ جَبَّارًا فِى الْأَرْضِ وَمَا تُرِيدُ أَنْ تَكُونَ مِنَ الْمُصْلِحِينَ ﴿٢٠﴾

২০। মরমদুনা (মুসা) মহাকনা নীংলকপদা ফাজিনগে হায়না মখোই অনিগী য়েক্নবা ওইরম্বা নিপাদু, অদুদা মহাকনা হায়খি ঃ "হে মুসা! নংনা হাৎলগে হায়রব্রা ঐবু নংনা হাৎপিখিবগুম্না নিপা অমা ঙরাং ? নং ওইনীংলে তীনখুৎ-লাইখুৎ শাবা মী অমা লম অসিদা তৌহগুম্বসুং নং ওইনীংদে রা-তাইশিন্নবা মী অমা।"

وَجَآءَ رَجُلٌ مِّنْ أَقْصَا الْمَدِينَةِ يَسْعَىٰ قَالَ يَٰمُوسَىٰٓ إِنَّ الْمَلَأَ يَأْتَمِرُونَ بِكَ لِيَقْتُلُوكَ فَاخْرُجْ إِنِّى لَكَ مِنَ النَّٰصِحِينَ ﴿٢١﴾

২১। অদুগা নিপা অমা চেল্লকলম্মী অরাপ্পা মফমদগী শহর অদুগী। মহাকনা হায়খি ঃ "হে মুসা! (নংগী পাও য়ৌরে কোনুংদা) তশেংবমক অঙম্বশিংনা রা তান্নখ্রে নংবু হাৎনবগী; মরমদুনা নং চৎখ্রো (খুদক্তা)। থাঙ্গৈশেংবমক ঐসে নংগী য়াইফবদা নীংবনি।"

فَخَرَجَ مِنْهَا خَآئِفًا يَتَرَقَّبُ قَالَ رَبِّ نَجِّنِى مِنَ الْقَوْمِ الظَّٰلِمِينَ ﴿٢٢﴾

২২। মরম অদুনা মহাক চৎখিরম্মী (খুদক্তা) অকিবগা লোয়ননা (ফাবিখিগদ্রা হায়বগী) কোয়না য়েংলম্মী (মফম-মরাং খঙদনা)। মহাকনা (নুংশি-পিরোয়নবা রাহৈশিংনা) হায়খি ঃ "ঐগী মপু! কনবিয়ু ঐহাকপু চুমদবা মীওইশিংদগী।"

৩ শুবা রুকূ

وَلَمَّا تَوَجَّهَ تِلْقَآءَ مَدْيَنَ قَالَ عَسَىٰ رَبِّىٓ أَنْ

২৩। অদুগা মহাকনা মমায় ওনখিবদা মডয়নগী মায়কৈরোমদা, মহাকনা (অমুকহন্না)

يَهْدِيَنِي سَوَاءَ السَّبِيلِ ﴿٢٢﴾

হায়খি ঃ "ঐনা আশা তৌজে ঐগী মপুনা লমজিংবিগনি ঐবু অচুম্বা লম্বীদা (মডয়ন য়ৌগদবা)।"

وَلَمَّا وَرَدَ مَاءَ مَدْيَنَ وَجَدَ عَلَيْهِ أُمَّةً مِنَ النَّاسِ يَسْقُونَ وَوَجَدَ مِنْ دُونِهِمُ امْرَأَتَيْنِ تَذُودَانِ قَالَ مَا خَطْبُكُمَا قَالَتَا لَا نَسْقِي حَتَّىٰ يُصْدِرَ الرِّعَاءُ وَأَبُونَا شَيْخٌ كَبِيرٌ ﴿٢٣﴾

২৪। অদুগা মহাকনা থুংখিবদা মডয়নগী ঈশিং (মফম)দা, মহাকনা ফংখি মফম অদুদা মী কাঙবু অমা ঈশিং পিথকলম্বা (মখোইগী য়ুমশা শঙ্গুশিং); অমসুং মহাকনা ফংখি মখোইদু নত্তবা নুপী অনিনা থৎচন্দুনা থরুম্মী মখোইগী (শা শঙ্গু)। মহাকনা হায়খি (নুপীশিং অদুদা) ঃ "করিনো নখোইনা তৌরিবদু?" মখোইনা পাওখুমখি ঃ "ঐখোই ঙমদে ঈশিং পিথকপা (ঐখোইগী শা শঙ্গু) য়াওশেনবশিংনা পুথোকখিদরিবা ফাওবা (মখোইগী য়াওশিং) অমসুং ঐখোইগী পথৌসু য়াম্না অহল ওইখ্রে (য়ুমদগী চৎথোকপা ঙমদ্রে)।"

فَسَقَىٰ لَهُمَا ثُمَّ تَوَلَّىٰ إِلَى الظِّلِّ فَقَالَ رَبِّ إِنِّي لِمَا أَنْزَلْتَ إِلَيَّ مِنْ خَيْرٍ فَقِيرٌ ﴿٢٤﴾

২৫। (নুপী অনিদুবু তেংবাংনীংদুনা) মহাকনা (খুদক্তা মফম অমা কল্লগা) পিথকখি ঈশিং (মখোইগী য়াও শঙ্গুদু) মখোইগীদমক্তা। অদুগী তুংদা মহাক চঙশিনখ্রে উরুমদা অমসুং হায়খি ঃ "ঐগী মপুও! ঐ তশেংবমক দরকার ওইরে অফব (নি হায়বা) খুদিংমক (খন্দোক-খনজিন নাইদনা), নহাকনা (কৃপা তৌবিদুনা) থাবিরকও ঐঙোন্দা।"

فَجَاءَتْهُ إِحْدَاهُمَا تَمْشِي عَلَى اسْتِحْيَاءٍ قَالَتْ إِنَّ أَبِي يَدْعُوكَ لِيَجْزِيَكَ أَجْرَ مَا سَقَيْتَ لَنَا فَلَمَّا جَاءَهُ وَقَصَّ عَلَيْهِ الْقَصَصَ قَالَ لَا تَخَفْ نَجَوْتَ مِنَ الْقَوْمِ الظَّالِمِينَ ﴿٢٥﴾

২৬। অদুগী তুংদা (ঙাহক পুংজা তপথরগা) নুপী অনিদুগী মরক্তগী অমা লাকখি মঙোন্দা ঈকাই-নুংশিবা শকফমগা লোয়ননা। মহাকনা হায়খি ঃ "ঐগী পথৌনা বারতোন তৌরকলি নহাকপু (ঐখোইগী য়ুমদা লাকপিনবগী) অদুনা মহাকনা পীবিনবা মনা-মথিল নহাকপু ঈশিং পিথকপিখিবগী (ঐখোইগী য়াও শঙ্গু) ঐখোইগী-দমক্তা।" মরমদুনা মুসানা লাকখ্রবদা মহাক্কী মনাক্তা অমসুং লীখ্রবদা মঙোন্দা মহাক্কী রারীদু, মহাকনা হায়বিখি ঃ "কিগনু, নং নাথোরকলবনি বলাৎকার শীজন্নবা মীশিংদগী।"

২৭। (মতাং অদুদা)নুপী অনিদুগী মরক্তগী অমনা হায়খিঃ পথৌ৺ও! অনেকমল পীদুনা নেকউ মহাকপু (ঐখোইগী য়াওশিং শেন্নবা): মহাকসি য়াম্না ফবা খুৎনেক থম্বা য়াবা (মী) অকনবনি (অমসুং) থাজবা য়াবনি।"

قَالَتْ إِحْدَىٰهُمَا يَٰٓأَبَتِ ٱسْتَـْٔجِرْهُ ۖ إِنَّ خَيْرَ مَنِ ٱسْتَـْٔجَرْتَ ٱلْقَوِىُّ ٱلْأَمِينُ ۝٢٦

২৮। (অপোকপা) মহাকনা হায়বিখিঃ "(ইবুঙো!) ঐনা লুহোংবিনীংই নংঙোন্দা ঐগী ইচা নুপী অনিসিগী মরক্তা অমা সর্ত অসিদা মদুদিঃ নং সেবা তৌ ঐবু চহি নিপান। তৌইগুম্বসুং নংনা চহি তরা পুরা তৌরবদি, মদু নশাগী নরম্লাই ওইনা তৌজগদবনি। অদুগা ঐনা করিসু অৱাবা নম্বোহন্নীংদে নংবু। অল্লাহনা চানবিরবদি, নংনা ফংগনি ঐবু ধর্ম্ম কায়দবা।"

قَالَ إِنِّىٓ أُرِيدُ أَنْ أُنكِحَكَ إِحْدَى ٱبْنَتَىَّ هَٰتَيْنِ عَلَىٰٓ أَن تَأْجُرَنِى ثَمَٰنِىَ حِجَجٍ ۖ فَإِنْ أَتْمَمْتَ عَشْرًا فَمِنْ عِندِكَ ۖ وَمَآ أُرِيدُ أَنْ أَشُقَّ عَلَيْكَ ۚ سَتَجِدُنِىٓ إِن شَآءَ ٱللَّهُ مِنَ ٱلصَّٰلِحِينَ ۝٢٧

২৯। (হরাও-মোমোন্নবগা লোয়নননা) মুসানা পাওখুমখিঃ "মদু ওইরে (করার) ঐ অমসুং নংগী মরক্তা। অককুবা মতম অনিদুগী মরক্তা (অপামবা) অমা ঐনা পুরা তৌজগনি, (অদুগী তুংদা ঐনা থাদোকলবদি নংগী সেবা তৌবা) ঐঙোন্দা দোশ করিসু লৈতে। অদুগা অল্লাহনা সাক্ষীনি ঐখোইনা ঙাঙনরিবা অসিগী।"

قَالَ ذَٰلِكَ بَيْنِى وَبَيْنَكَ ۖ أَيَّمَا ٱلْأَجَلَيْنِ قَضَيْتُ فَلَا عُدْوَٰنَ عَلَىَّ ۖ وَٱللَّهُ عَلَىٰ مَا نَقُولُ وَكِيلٌ ۝٢٨ ع

৪ শুবা রুকূ

৩০। মরমদুনা মুসানা পুরা তৌখ্রবদা লেপনখিবা মতমদু, অমসুং চৎলিঙৈদা লোয়নননা মহাক্কী ইমুংগী মীশিংগা, মহাকনা উখি মৈ অমা চীংগী নাকলরোমদা। মহাকনা হায়খি মহাক্কী মীশিংদাঃ "ঙাইখো, ঐনা উরে মৈ অমা; ঐনা পুরকপা য়াই নখোইদা (লম্বীগী) পাও খরা মফম অদুদগী, নত্রগা শীংবি মৈহুম অমা মৈ অদুদগী অদুনা নখোইনা নশা (হায়ফেঙং) শাগৎহন্নবা।"

فَلَمَّا قَضَىٰ مُوسَى ٱلْأَجَلَ وَسَارَ بِأَهْلِهِۦٓ ءَانَسَ مِن جَانِبِ ٱلطُّورِ نَارًا قَالَ لِأَهْلِهِ ٱمْكُثُوٓا۟ إِنِّىٓ ءَانَسْتُ نَارًا لَّعَلِّىٓ ءَاتِيكُم مِّنْهَا بِخَبَرٍ أَوْ جَذْوَةٍ مِّنَ ٱلنَّارِ لَعَلَّكُمْ تَصْطَلُونَ ۝٢٩

৩১। অদুনা মহাকনা লাকখিবদা মদুদা, মহাকপু কৌরকখি (খোঞ্জেন অমনা) য়েৎথংবা নাকলরোমদগী তমপাক্কী, য়াইফখোল লৈবা মফমদা, পামেল উপাম্বী অমদগী (অসি হায়দুনা)ঃ

فَلَمَّآ أَتَىٰهَا نُودِىَ مِن شَٰطِئِ ٱلْوَادِ ٱلْأَيْمَنِ فِى ٱلْبُقْعَةِ ٱلْمُبَٰرَكَةِ مِنَ ٱلشَّجَرَةِ أَن يَٰمُوسَىٰٓ إِنِّىٓ أَنَا ٱللَّهُ رَبُّ

الْعٰلَمِيْنَ ۝٣٠

"হে মুসা! তশেংবমক, ঐ অল্লাহনি, মপুনি সংসার পুম্নমক্কী।"

وَاَنْ اَلْقِ عَصَاكَ ۭ فَلَمَّا رَاٰهَا تَهْتَزُّ كَاَنَّهَا جَاۗنٌّ وَّلّٰى مُدْبِرًا وَّلَمْ يُعَقِّبْ ۭ يٰمُوْسٰٓى اَقْبِلْ وَلَا تَخَفْ ۣ اِنَّكَ مِنَ الْاٰمِنِيْنَ ۝٣١

৩২। অমসুং (মখা শমথদুনা হায়বিখি ঃ) "লংথোকউ নংগী পায়না-চৈশু।" মরম অদুনা মদু লংথোকখিবদা) মহাকনা উখি মদু লিনগুম জ্-জ্ চৎপা, অদুদা মহাক মমায় ওনশিন্দদুনা হন্দোরকখি অমসুং হন্না য়েংখিদে। (মতমদুদা অসুম্না হায়বিখি ঃ) "হে মুসা! মাংদা চংশিল্লকও অমসুং কিগনু; তশেংবমক নং ওইরবনি (অমা) খুদোংথীবা লৈতবশিংগী।

اُسْلُكْ يَدَكَ فِيْ جَيْبِكَ تَخْرُجْ بَيْضَاۗءَ مِنْ غَيْرِ سُوْۗءٍ ۡ وَّاضْمُمْ اِلَيْكَ جَنَاحَكَ مِنَ الرَّهْبِ فَذٰنِكَ بُرْهَانٰنِ مِنْ رَّبِّكَ اِلٰى فِرْعَوْنَ وَمَلَا۟ىِٕهٖ ۭ اِنَّهُمْ كَانُوْا قَوْمًا فٰسِقِيْنَ ۝٣٢

৩৩। "কোনশল্লু নংগী নখুৎ নথবাক্তা (ঙাহক লৈরগা শত্তোকউ অমসুং য়েংউ), মদু ঙৌশ্রোক ঙৌগনি করিসু ফত্তবা ওইদনা, অমসুং চিংশল্লু নপাম্বোমদু নশারোমদা কিবা ফাওদনবা। খুদম অনিসে নংগী মপুদগীনি (নং পুদুনা চৎলু) ফিরঔন অমসুং মহাক্কী অঙম্বশিংদা। তশেংবমক, মখোই কা হেন্দোকপা মীশিংনি।

قَالَ رَبِّ اِنِّىْ قَتَلْتُ مِنْهُمْ نَفْسًا فَاَخَافُ اَنْ يَّقْتُلُوْنِ ۝٣٣

৩৪। মহাকনা হায়খি ঃ "ঐগী মপুও! ঐনা হাৎখি মী অমা মখোইগী মরক্তগী, মরমদুনা ঐ কিজৈ মখোইনা হাৎপিগদ্রা হায়না ঐবু।

وَاَخِيْ هٰرُوْنُ هُوَ اَفْصَحُ مِنِّيْ لِسَانًا فَاَرْسِلْهُ مَعِيَ رِدْاً يُّصَدِّقُنِيْٓ ۡ اِنِّىْٓ اَخَافُ اَنْ يُّكَذِّبُوْنِ ۝٣٤

৩৫। "অদুগা ঐগী ইয়াম্বা হারুনদো—মহাক্তি ৱাঙাঙ-হৈবা হেল্লি ঐঙোন্দগী; মরম অদুনা থাবিয়ু মহাকপু লোয়ননা ঐগা তেংবাংবা অমা ওইনা অদুনা মহাকনা সাক্ষী পীনবা ঐগী অচুম্বদা। তশেংবমক ঐ কিজৈ মখোইনা মরাল শীবিগনি ঐবু মীনম্বা ঙাওই হায়জনবিদুনা।"

قَالَ سَنَشُدُّ عَضُدَكَ بِاَخِيْكَ وَنَجْعَلُ لَكُمَا سُلْطٰنًا فَلَا يَصِلُوْنَ اِلَيْكُمَا ۚ بِاٰيٰتِنَآ ۚ اَنْتُمَا وَمَنِ اتَّبَعَكُمَا الْغٰلِبُوْنَ ۝٣٥

৩৬। অল্লাহনা হায়বিখি ঃ "ঐখোইনা কনহনবিগনি নংগী নপাম্বোম লোয়নহনবিদুনা নয়াম্বা, অমসুং ঐখোইনা পীবিগনি শক্তি নখোই অনিমক্তা অদুনা মখোইনা ঙমলোই মথুৎশিং লামথোরকপা নখোইদা। নখোই অনি অমসুং নখোইগী তুং-ইনবশিংদুনা ওইগনি জয় তৌবশিং।"

৩৭। মরমদুনা মুসানা লাকখ্রবদা মখোইদা লোয়ননা ঐখোইগী খুদমশিংগা, মখোইনা হায়খি ঃ "মসি করিমতা নত্তে অনৌবা পুথোকপা জাদু-মন্ত্রনি. অমসুং ঐখোইনা কদৌঙৈদসু তাখিদরি (মহাক্কী য়াশিং) অসি ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংগী মরক্তা।"

فَلَمَّا جَآءَهُم مُّوسَىٰ بِـَٔايَٰتِنَا بَيِّنَٰتٍ قَالُوا۟ مَا هَٰذَآ إِلَّا سِحْرٌ مُّفْتَرًى وَمَا سَمِعْنَا بِهَٰذَا فِىٓ ءَابَآئِنَا ٱلْأَوَّلِينَ ﴿٣٦﴾

৩৮। অদুগা মুসানা হায়খি ঃ ঐগী মপুনা মুন্না খঙই মহাক্কী মনাক্তগী লমজিং পুরদুনা লাকখিবা মী (মহাক) অদু অমসুং কনানা মনা-মথিন ফংগদৌরিবা (অরোয়বা) য়ুমদু। তশেংবমক. অরানবা লম্বীনবশিং কদৌঙৈদসু চাওখত্তে।

وَقَالَ مُوسَىٰ رَبِّىٓ أَعْلَمُ بِمَن جَآءَ بِٱلْهُدَىٰ مِنْ عِندِهِۦ وَمَن تَكُونُ لَهُۥ عَٰقِبَةُ ٱلدَّارِ ۖ إِنَّهُۥ لَا يُفْلِحُ ٱلظَّٰلِمُونَ ﴿٣٧﴾

৩৯। অদুগা ফিরঔন্না হায়খি ঃ "হে অঙম্বশিং! ঐ খঙদে নখোইগী লাই অমতা ঐ নত্তবা; মরম অদুনা চেক মৈ ঈকও ঐগীদমক, হে হামান! অমসুং শাগৎলু লানবলঅমা অদুনা ঐ কাখৎনবা মুসাগী খুদাগী মনাক্তা (থেংননবা মহাক্কা)। অদুগা ঐনা তশেংবমক খল্লি (মুসা) মহাক (অমনি) লৌশিং মীনম লাংথাকপশিংগী।

وَقَالَ فِرْعَوْنُ يَٰٓأَيُّهَا ٱلْمَلَأُ مَا عَلِمْتُ لَكُم مِّنْ إِلَٰهٍ غَيْرِى فَأَوْقِدْ لِى يَٰهَٰمَٰنُ عَلَى ٱلطِّينِ فَٱجْعَل لِّى صَرْحًا لَّعَلِّىٓ أَطَّلِعُ إِلَىٰٓ إِلَٰهِ مُوسَىٰ وَإِنِّى لَأَظُنُّهُۥ مِنَ ٱلْكَٰذِبِينَ ﴿٣٨﴾

৪০। অদুগা (ফিরঔন) অমসুং মহাক্কী লান্মী তেঙ্গোলশিং ইচুম-চুমদনা নাপল-লুথোংনরম্মী; অমসুং মখোইনা খল্লম্মী মদুদি মখোই কদৌঙৈদসু হল্লকলোই ঐখোইদা।

وَٱسْتَكْبَرَ هُوَ وَجُنُودُهُۥ فِى ٱلْأَرْضِ بِغَيْرِ ٱلْحَقِّ وَظَنُّوٓا۟ أَنَّهُمْ إِلَيْنَا لَا يُرْجَعُونَ ﴿٣٩﴾

৪১। মরম অদুনা ঐখোইনা ফাজিনবিখি মহাকপু অমসুং মহাক্কী লান্মী তেঙ্গোলশিংবু, অমসুং লংথবিখি মখোইবু সমুদ্র ঈপাক্তা; অমসুং য়েংউ করি পোল্লো ই থোকখিবা অরানবা লম্বীনবশিং!

فَأَخَذْنَٰهُ وَجُنُودَهُۥ فَنَبَذْنَٰهُمْ فِى ٱلْيَمِّ ۖ فَٱنظُرْ كَيْفَ كَانَ عَٰقِبَةُ ٱلظَّٰلِمِينَ ﴿٤٠﴾

৪২। অদুগা ঐখোইনা শেম্বিখি মখোইবু লুচিংবশিং (অচুম্বা থাজদবশিংগী) মখোইনা কৌশিনখি (মীশিংবু) মৈদা; অমসুং শিবদগী অমুক হিংগৎহনগদবা নুমিত্তা মখোইবু তেংবাংবিরোই।

وَجَعَلْنَٰهُمْ أَئِمَّةً يَدْعُونَ إِلَى ٱلنَّارِ ۖ وَيَوْمَ ٱلْقِيَٰمَةِ لَا يُنصَرُونَ ﴿٤١﴾

৪৩। অদুগা ঐখোইনা তুং ইল্হনবিখি মখোইবু তাইবঙপান অসিদা সিরাপ অমনা; অমসুং

وَأَتْبَعْنَٰهُمْ فِى هَٰذِهِ ٱلدُّنْيَا لَعْنَةً ۖ وَيَوْمَ ٱلْقِيَٰمَةِ هُم

مِّنَ الْمَقْبُوحِينَ ﴿٤٢﴾

শিবদগী অমুক হিংগৎহনগদবা নুমিত্তা মখোই তিনগনি মরক্তা হন্থনা তুক্কচনা য়েংবিথ্রবশিংগী।

৫ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ آتَيْنَا مُوسَى الْكِتَابَ مِن بَعْدِ مَا أَهْلَكْنَا الْقُرُونَ الْأُولَىٰ بَصَائِرَ لِلنَّاسِ وَهُدًى وَرَحْمَةً لَّعَلَّهُمْ يَتَذَكَّرُونَ ﴿٤٣﴾

৪৪। অদুগা তশেংনমক ঐখোইনা পীখি মুসাদা কিতাব, ঐখোইনা মাঙহনবিথ্রবা মতুংদা মমাংঙৈগী মীরোনশিং, মঙাল পীনবা ওইনা মীওইবশিংদা, অমসুং লমজিং অমসুং থৌজাল ওইনা অদুনা মখোইনা রাখল খনজনবা।

وَمَا كُنتَ بِجَانِبِ الْغَرْبِيِّ إِذْ قَضَيْنَا إِلَىٰ مُوسَى الْأَمْرَ وَمَا كُنتَ مِنَ الشَّاهِدِينَ ﴿٤٤﴾

৪৫। অদুগা নং লৈরমখিদে নোংচুপথংবা নাপোমদা (সিনাই চীংগী) ঐখোইনা রায়েল-য়াথং তাকথোকপিখিবদা মুসাদা নত্তগা নং য়াওখিদে মরক্তা সাক্ষী ওইখিবশিংগী।

وَلَٰكِنَّا أَنشَأْنَا قُرُونًا فَتَطَاوَلَ عَلَيْهِمُ الْعُمُرُ ۚ وَمَا كُنتَ ثَاوِيًا فِي أَهْلِ مَدْيَنَ تَتْلُو عَلَيْهِمْ آيَاتِنَا وَلَٰكِنَّا كُنَّا مُرْسِلِينَ ﴿٤٥﴾

৪৬। তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা পুথোকপিখ্রে শুরোন কয়া (মুসা অমসুং নংগী মরক্তা) অমসুং মখোইগী মপুন্সি শাংহনবিখি। অদুগা নং লৈরমখিদে মডয়নশিংগী মরক্তা, থীথদুনা ঐখোইগী রাপাওশিং মখোইদা; তৌইগুম্বসুং ঐখোইননি থাখিবা রসুলশিং (মখোইদা)।

وَمَا كُنتَ بِجَانِبِ الطُّورِ إِذْ نَادَيْنَا وَلَٰكِن رَّحْمَةً مِّن رَّبِّكَ لِتُنذِرَ قَوْمًا مَّا أَتَاهُم مِّن نَّذِيرٍ مِّن قَبْلِكَ لَعَلَّهُمْ يَتَذَكَّرُونَ ﴿٤٦﴾

৪৭। অদুগা নং লৈরমখিদে (সিনাই) চীংগী নাপোমদা (লোয়ননা মুসাগা) ঐখোইনা কৌবিখিবা মতমদা (মুসাবু)। তৌইগুম্বসুং (ঐখোইনা থাবিখি নংবু) ঙাকপিবা অমা ওইনা নংগী মপুগী মায়কৈদগী, অদুনা নংনা চেকশন্নবা হায়বিনবা মী কাঙলুপ অমবু মখোইদা লাকখিদরি চেকশনহন্নবগী পাওমেনবা মী কনামতা নংগী মমাংদা, অদুনা মখোইনা রাখল তৌজনবা (অমসুং অচুম্বা ধর্ম লৌজনবা)।

وَلَوْلَا أَن تُصِيبَهُم مُّصِيبَةٌ بِمَا قَدَّمَتْ أَيْدِيهِمْ فَيَقُولُوا رَبَّنَا لَوْلَا أَرْسَلْتَ إِلَيْنَا رَسُولًا فَنَتَّبِعَ آيَاتِكَ وَنَكُونَ مِنَ الْمُؤْمِنِينَ ﴿٤٧﴾

৪৮। অদু নৎলমদ্রবদি মখোইদা অরাবা অমা পীরবদি মখোইগী মখুৎশিংনা (মখোইগী) মমাংদা থাজখিবা (ফত্তবা থবকশিং)গী মরম্না, মখোইনা হায়রমগনিঃ ঐখোইগী মপুও! করি মরমগী নহাকনা থাবিরকখিদবাগে রসুল অমা ঐখোইদা অদুনা ঐখোইনা ইনজরম্নবা নহাক্কী পাওজেলশিং অমসুং ওইজরম্নবা অচুম্বা থাজবশিং?"

৪৯। তৌইগুম্বসুং (হৌজিক) অচুম্বদু লাকখ্রবদা মখোইদা ঐখোইগী ইনাক্তগী, মখোইনা হায়খিঃ “করি মরমগী পীখিদবগে নংঙোন্দা (খুদমশিং) মুসাদা পীখিবা অদুগুম্বা?” (নং হংঙু মখোইদাঃ) মখোইনা থাজখিদবা নত্তব্রা মুসাদা পীখিবা অদুদা মমাংঙৈদা? (স্বর্গগী রাপাওদা থাজদদুনা) মখোইনা হায়ঃ “(কুরআন অমসুং তৌরাত) অনিসে জাদুনি—অমনা অমবু য়োকখৎপনি।” (অসিদগীসু হেন্না) মখোইনা হায়ঃ “তশেংবমক ঐখোইনা থাজদে (অসিগুম্বা) পুম্নমক।”

فَلَمَّا جَآءَهُمُ الْحَقُّ مِنْ عِنْدِنَا قَالُوْا لَوْلَآ أُوْتِيَ مِثْلَ مَآ أُوْتِيَ مُوْسٰى ۗ أَوَلَمْ يَكْفُرُوْا بِمَآ أُوْتِيَ مُوْسٰى مِنْ قَبْلُ ۚ قَالُوْا سِحْرٰنِ تَظٰهَرَا ۗ وَقَالُوْٓا إِنَّا بِكُلٍّ كٰفِرُوْنَ ﴿٤٨﴾

৫০। হায়য়ু (মখোইদা): “অদু ওইরবদি পুরকও কিতাব অমা অল্লাহগী মনাক্তগী অনিসিদগী হেন্না ফবা (পুন্সি) লমজিং তাকপা, অদুনা ঐনা মতুং ইন্নবা মদুগী, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।

قُلْ فَأْتُوْا بِكِتٰبٍ مِّنْ عِنْدِ اللّٰهِ هُوَ أَهْدٰى مِنْهُمَآ أَتَّبِعْهُ إِنْ كُنْتُمْ صٰدِقِيْنَ ﴿٤٩﴾

৫১। তৌইগুম্বসুং মখোইনা পাওখুমদ্রবদি নংঙোন্দা মতমদুদা খঙউ মখোইনা তুংইল্লি মখোইগী অতোনবা অপাম্বশিংগী। অদুগা (য়েংউ!) কনা হেন্না লম্মুক্লবা লৈ মঙোন্দগী মহাকনা তুংইল্লি মহাক্কী অতোনবা অপাম্বশিংগী ইয়াওমক-য়াওদনা অল্লাহগী লমজিং? থাঙ্গৈ-শেংবমক অল্লাহনা লমজিংবিদে অরানবা লম্বীনবা মীশিংবু।

فَإِنْ لَّمْ يَسْتَجِيْبُوْا لَكَ فَاعْلَمْ أَنَّمَا يَتَّبِعُوْنَ أَهْوَآءَهُمْ ۚ وَمَنْ أَضَلُّ مِمَّنِ اتَّبَعَ هَوٰىهُ بِغَيْرِ هُدًى مِّنَ اللّٰهِ ۚ إِنَّ اللّٰهَ لَا يَهْدِي الْقَوْمَ الظّٰلِمِيْنَ ﴿٥٠﴾ ع ٨

৬ শুবা রুকূ

৫২। অদুগা ঐখোইনা তশেংনমক শীন্নথোকখ্রে মখোইদা (ঐখোইগী) রাহৈদু, অদুনা মখোই নীংশিঙদুনা লৈনবা।

وَلَقَدْ وَصَّلْنَا لَهُمُ الْقَوْلَ لَعَلَّهُمْ يَتَذَكَّرُوْنَ ﴿٥١﴾

৫৩। অদুগুম্বা মীওইশিংদু মখোইদা ঐখোইনা কিতাব পীখিবা মসিগী মমাংদা, মখোইনা থাজে মসি।

اَلَّذِيْنَ اٰتَيْنٰهُمُ الْكِتٰبَ مِنْ قَبْلِهٖ هُمْ بِهٖ يُؤْمِنُوْنَ ﴿٥٢﴾

৫৪। অদুগা মসি থীথদুনা তাহনবদা মখোইদা, (অল্লাহবু তশেংনা কিজবা) মখোইনা হায়ঃ “ঐখোইনা থাজে মসি। থাঙ্গৈশেংবমক মসি অচুম্বনি ঐখোইগী মপুদগী। তশেংবমক মসিগী মমাংদা ঐখোই চঙজখ্রবশিংনি (অল্লাহদা)।”

وَإِذَا يُتْلٰى عَلَيْهِمْ قَالُوْٓا اٰمَنَّا بِهٖٓ إِنَّهُ الْحَقُّ مِنْ رَّبِّنَآ إِنَّا كُنَّا مِنْ قَبْلِهٖ مُسْلِمِيْنَ ﴿٥٣﴾

৫৫। মখোইসি পীবিগনি মখোইগী মনা-মথিন অনিরক হন্না, মরমদি মখোই অখাংকল্লম্মী, অমসুং মখোইনা তাথোকই ফত্তববু অফবনা অমসুং খরচ তৌই (দান পীবদা) ঐখোইনা পীখিবদগী মখোইদা।

أُولَٰئِكَ يُؤْتَوْنَ أَجْرَهُم مَّرَّتَيْنِ بِمَا صَبَرُوا وَيَدْرَءُونَ بِالْحَسَنَةِ السَّيِّئَةَ وَمِمَّا رَزَقْنَاهُمْ يُنفِقُونَ ٥٤

৫৬। অদুগা মখোইনা তাবা মতমদা রারেম শুবা (নত্তগা অপঙ চীন্দান্নবা) মখোই মমায় ওথোকই মদুদগী অমসুং হায়ঃ "ঐখোইনা ফংগনি (মহে) ঐখোইগী থবকশিংগী অমসুং নখোইনা ফংগনি (মহে) নখোইগী থবকশিংগী; অঈংবা লৈহনবিসনু নখোইদা! ঐখোই পামদে অপঙ-ঙাইওইনবা।"

وَإِذَا سَمِعُوا اللَّغْوَ أَعْرَضُوا عَنْهُ وَقَالُوا لَنَا أَعْمَالُنَا وَلَكُمْ أَعْمَالُكُمْ سَلَامٌ عَلَيْكُمْ لَا نَبْتَغِي الْجَاهِلِينَ ٥٥

৫৭। তশেংবমক নংনা ঙমলোই লমজিংবা নংনা নুংশিবা (মী) মখে, তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা লমজিংবি মহাকনা চানবিবা (মতিকচাবা) শিংবু; অমসুং মহাকনা মুন্না খঙই লমজিং ইনগদবা মীশিংদু।

إِنَّكَ لَا تَهْدِي مَنْ أَحْبَبْتَ وَلَٰكِنَّ اللَّهَ يَهْدِي مَن يَشَاءُ وَهُوَ أَعْلَمُ بِالْمُهْتَدِينَ ٥٦

৫৮। অদুগা মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইনা করিগুম্বা তুং-ইন্নবদি লমজিং লোয়ননা নংগা (থাদোক-লমদুনা ঐখোইগী ইশাগে) ঐখোইবু খংলাক লাকপিখিগনি ঐখোইগী ইরমদমদগী।" করি! ঐখোইনা খুন্দাহনখিদব্রা মখোইবু খুদোংথীবা লৈতবা অশেংবা লম অমদা, মদুদা পুশিল্লকই (লল্লোন ইতিক তৌদুনা মায়কৈ খুদিংদগী) উহৈশিং মখল পুম্নমক্কী, চিঞ্জাক ওইনা ঐখোইদগী? তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা করিসু খঙদে।

وَقَالُوا إِن نَّتَّبِعِ الْهُدَىٰ مَعَكَ نُتَخَطَّفْ مِنْ أَرْضِنَا أَوَلَمْ نُمَكِّن لَّهُمْ حَرَمًا آمِنًا يُجْبَىٰ إِلَيْهِ ثَمَرَاتُ كُلِّ شَيْءٍ رِّزْقًا مِّن لَّدُنَّا وَلَٰكِنَّ أَكْثَرَهُمْ لَا يَعْلَمُونَ ٥٧

৫৯। অদুগা শহর কয়া ঐখোইনা মাঙ-তাকহনবিখ্রবা মদুনা লৈরমখ্রবা কয়াগী মতিক নুংঙাইনা! (মাংদা উরিবা অরেমখাকশিংসি) মখোইগী মকাইফমনিঃ মসি দখল তৌবিদরে মখোইগী মতুংদা (মফম) খরা নত্তনা। অদুগা ঐখোইনা ওইবিখি স্বত্ব ফংবা মীশিং।

وَكَمْ أَهْلَكْنَا مِن قَرْيَةٍ بَطِرَتْ مَعِيشَتَهَا فَتِلْكَ مَسَاكِنُهُمْ لَمْ تُسْكَن مِّن بَعْدِهِمْ إِلَّا قَلِيلًا وَكُنَّا نَحْنُ الْوَارِثِينَ ٥٨

৬০। অদুগা নংগী মপুনা কদৌউদসু মাঙহনবিরোই শহরশিংবু মহাকনা থোকহনবিদরিবা ফাওবা পল্লেম পী ওইবি শহরদা মদুগী রসুল অমা, তাহন্নবগী মখোইদা ঐখোইগী পাওজেনশিং ; নত্তুগা ঐখোইনা মাঙহনবিরোই শহরশিংবু মদুদা লৈবা মীশিংনা অরানবা খোঙফম্নদরিবমখৈ।

وَمَا كَانَ رَبُّكَ مُهْلِكَ الْقُرٰى حَتّٰى يَبْعَثَ فِيْٓ اُمِّهَا رَسُوْلًا يَّتْلُوْا عَلَيْهِمْ اٰيٰتِنَا ۚ وَمَا كُنَّا مُهْلِكِي الْقُرٰٓى اِلَّا وَاَهْلُهَا ظٰلِمُوْنَ ۝٦٠

৬১। অদুগা (হন্দক্কী মপোক্কী) পোৎ পুম্নমক নখোইদা পীখিবদু চেংজেন্নি তাইবঙ পুন্সিগী অমসুং লৈতেংনি (মতম খরতগী) ; তৌইগুম্বসুং অল্লাহগী মনাক্তা লৈবা (আম্বাগী ওইবা নুংঙাইবশিং) অদুনা ফবা হেল্লি অমসুং কুইবসু হেল্লি। নখোইবু ইখঙ-খঙদব্রা (মচং হুন্দোকলগা পোৎথী-পোৎকুপ তান্নবসি নখোইগী অপাম্বরা) ?

وَمَآ اُوْتِيْتُمْ مِّنْ شَيْءٍ فَمَتَاعُ الْحَيٰوةِ الدُّنْيَا وَزِيْنَتُهَا ۚ وَمَا عِنْدَ اللّٰهِ خَيْرٌ وَّاَبْقٰى ۗ اَفَلَا تَعْقِلُوْنَ ۝٦١

৭ শুবা রুকূ

৬২। (অচুম্বা শকপান্নবা) মঙোন্দা ঐখোইনা রাশকপিখ্রবা অফবা রাশক মদু মহাকনা ফংগদৌরিবা (শিরবা মতুংগী পুন্সিদা), মান্নবা য়াব্রা অদুগুম্বা মী মহাকপু ঐখোইনা পীবিখ্রবা অফবা পোৎশিং তাইবঙ পুন্সি অসিগী, অমসুং অসিগী তুংদা কিয়ামত নুমিত্তা মহাকসু য়াওরক্কনি (চৎখিরা শাজৎকী হিসাব পীনবগী) পুথোরক্কদৌরিবশিংদুগী মরক্তা ?

اَفَمَنْ وَّعَدْنٰهُ وَعْدًا حَسَنًا فَهُوَ لَاقِيْهِ كَمَنْ مَّتَّعْنٰهُ مَتَاعَ الْحَيٰوةِ الدُّنْيَا ثُمَّ هُوَ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ مِنَ الْمُحْضَرِيْنَ ۝٦٢

৬৩। অদুগা নুমিৎ অদদা (অল্লাহনা) কৌরক্কনি (লাইয়ান ঈরাৎপশিং) মখোইবু অমসুং হায়বিগনি ঃ "কদায় চৎখ্রবগে ঐগী শরুক য়ামিন্নবশিং নখোইনা পুথোকলম্বদু ?"

وَيَوْمَ يُنَادِيْهِمْ فَيَقُوْلُ اَيْنَ شُرَكَآءِيَ الَّذِيْنَ كُنْتُمْ تَزْعُمُوْنَ ۝٦٣

৬৪। অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইগী মথক্তা (রায়েল-চৈরাক্কী) হুকুম পীফম থোকলবনা হায়গনি ঃ "ঐখোইগী মপুও ! মখোইসিবুনি ঐখোইনা লমজিংবিখিবা লম্বী শেরান্নবা। ঐখোইনা শেরান্নহনবিখি মখোইবু, ঐখোই ইশানা শেরান্নজখিবগুম। ঐখোই (হৌজিক) খায়দোক-

قَالَ الَّذِيْنَ حَقَّ عَلَيْهِمُ الْقَوْلُ رَبَّنَا هٰٓؤُلَآءِ الَّذِيْنَ اَغْوَيْنَا ۚ اَغْوَيْنٰهُمْ كَمَا غَوَيْنَا ۚ تَبَرَّاْنَآ اِلَيْكَ مَا

كَانُوٓا إِيَّانَا يَعْبُدُونَ ﴿٦٣﴾

চরে মখোইদগী (অমসুং ওনশিনজরি নংঙোন্দা)। ঐখোইবু নত্তে মখোইনা ঈরাৎ-পুজা তৌখিবদু।"

وَقِيلَ ٱدْعُوا۟ شُرَكَآءَكُمْ فَدَعَوْهُمْ فَلَمْ يَسْتَجِيبُوا۟ لَهُمْ وَرَأَوُا۟ ٱلْعَذَابَ ۚ لَوْ أَنَّهُمْ كَانُوا۟ يَهْتَدُونَ ﴿٦٤﴾

৬৫। অদুগা অসি হায়বিগনি (মখোইদা)ঃ "(হৌজিক) কৌরো নখোইগী তিন্নবা-লাইশিং (তেংবাংনবগী নখোইবু)।" মরমদুনা মখোইনা কৌগনি (লাইশিং) মখোইবু, তৌইগুম্বসুং মখোইনা পাওখুমলোই মখোইদা, অমসুং মখোইনা (তরু-তরং) উগনি রায়েল-চৈরাক (থাবিবদু মখোইবু)। আঃ মখোইনা ইল্লমলবদিকো লমজিং!"

وَيَوْمَ يُنَادِيهِمْ فَيَقُولُ مَاذَآ أَجَبْتُمُ ٱلْمُرْسَلِينَ ﴿٦٥﴾

৬৬। অমসুং নুমিৎ অদুদা (অল্লাহনা) কৌরক্কনি মখোইবু অমসুং হায়বিগনিঃ "করি পাওখুম নখোইনা পীখিবগে রসুলশিংদা?"

فَعَمِيَتْ عَلَيْهِمُ ٱلْأَنۢبَآءُ يَوْمَئِذٍ فَهُمْ لَا يَتَسَآءَلُونَ ﴿٦٦﴾

৬৭। মতমদুদা মরাল ঙাকপিনবা হায়জবা পুম্নমক ওইখ্রগনি অমম্বা মখোইদা নুমিৎ অদুদা, অমসুং মখোই অমনা অমদা ৱা (করিমতা) হং-থিররোই।

فَأَمَّا مَن تَابَ وَءَامَنَ وَعَمِلَ صَٰلِحًا فَعَسَىٰٓ أَن يَكُونَ مِنَ ٱلْمُفْلِحِينَ ﴿٦٧﴾

৬৮। তৌইগুম্বসুং মপাপ হায়দোকচখ্রবা অমসুং (অচুম্বা) থাজখ্রবা অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনখ্রবা মহাকদু, ওইবসু য়াই (অমা) মমায় পাকপশিংগী।

وَرَبُّكَ يَخْلُقُ مَا يَشَآءُ وَيَخْتَارُ ۗ مَا كَانَ لَهُمُ ٱلْخِيَرَةُ ۚ سُبْحَٰنَ ٱللَّهِ وَتَعَٰلَىٰ عَمَّا يُشْرِكُونَ ﴿٦٨﴾

৬৯। অদুগা নংগী মপুনা শেম-শাই মহাকনা অপাম্বতা অমসুং খল্লি (মহাক্কী রসুলশিং মহাকনা মতিকচাবনি হায়না খনবতবু)। মখোইনা খনগদবা নত্তে। অল্লাহদি শেংই অমসুং থাক ৱাংনা লৈখ্রে মখোইনা থৌজিনবা অদুদগী (মঙোন্দা)।

وَرَبُّكَ يَعْلَمُ مَا تُكِنُّ صُدُورُهُمْ وَمَا يُعْلِنُونَ ﴿٦٩﴾

৭০। অমসুং নংগী মপুনা খঙই মখোইগী থবাক মনুংদা লোৎশিনবা অমসুং মখোইনা ফোংদোকপসু।

وَهُوَ ٱللَّهُ لَآ إِلَٰهَ إِلَّا هُوَ ۖ لَهُ ٱلْحَمْدُ فِى ٱلْأُولَىٰ وَٱلْءَاخِرَةِ ۖ وَلَهُ ٱلْحُكْمُ وَإِلَيْهِ تُرْجَعُونَ ﴿٧٠﴾

৭১। অদুগা মহাক অল্লাহনি; লৈতে চীঙ্খু লাই কনামতা মহাক নত্তবা! থাগৎলিবা পুম্নমক মহাকপুনি অহৌবদা অমসুং অরোয়বদা; অমসুং হুকুমদি মহাক্কীনি (থবক পুম্নমক্তা), অমসুং মঙোন্দা নখোই (পুম্নমক) হনজিনগদবনি।

قُلْ أَرَءَيْتُمْ إِن جَعَلَ ٱللَّهُ عَلَيْكُمُ ٱلَّيْلَ سَرْمَدًا إِلَىٰ يَوْمِ ٱلْقِيَٰمَةِ مَنْ إِلَٰهٌ غَيْرُ ٱللَّهِ يَأْتِيكُم بِضِيَآءٍ ۖ أَفَلَا تَسْمَعُونَ ﴿٧١﴾

৭২। হায়যু (মখোইদা) ঃ "নখোই উরব্রা অল্লাহনা লৈহনবিরমলবদি অহিংবু লেংদনা নখোইগী নথক্তা (কুপশিন্দুনা) কিয়ামত নুমিৎ য়ৌবফাওবা, অল্লাহ নত্তবা খোয়ম লাই কনানা ঙমলমগনি পুরকপা নখোইদা মঙাল? নখোই তারোইদ্রা (বারতোন তৌবা মীনা কৌরকপদা)?"

قُلْ أَرَءَيْتُمْ إِن جَعَلَ ٱللَّهُ عَلَيْكُمُ ٱلنَّهَارَ سَرْمَدًا إِلَىٰ يَوْمِ ٱلْقِيَٰمَةِ مَنْ إِلَٰهٌ غَيْرُ ٱللَّهِ يَأْتِيكُم بِلَيْلٍ تَسْكُنُونَ فِيهِ ۖ أَفَلَا تُبْصِرُونَ ﴿٧٢﴾

৭৩। (অমুকসু) হায়যু (মখোইদা) ঃ "নখোই উরব্রা অল্লাহনা লৈহনবিরমলবদি নুংথিলবু লেংদনা নখোইগী নথক্তা (পুমঙাল-ঙালহনবিদুনা) কিয়ামত নুমিৎ য়ৌবফাওবা, অল্লাহ নত্তবা খোয়ম লাই কনানা ঙমলমগনি পুরকপা নখোইদা অহিং মদুদা নখোইনা অরা-পোখানবা? নখোই উরোইদ্রা (অচুম্বা)?

وَمِن رَّحْمَتِهِۦ جَعَلَ لَكُمُ ٱلَّيْلَ وَٱلنَّهَارَ لِتَسْكُنُوا۟ فِيهِ وَلِتَبْتَغُوا۟ مِن فَضْلِهِۦ وَلَعَلَّكُمْ تَشْكُرُونَ ﴿٧٣﴾

৭৪। অদুগা মহাক্কী থৌজাললনা শেম্বিখি অহিং অমসুং নুংথিল, অদুনা নখোই অরা-পোখানবা মখোইদুগী মনুংদা, অমসুং থিনবা মহাক্কী থৌজাল, অমসুং উৎচনবা তৌবিমল খঙবা।

وَيَوْمَ يُنَادِيهِمْ فَيَقُولُ أَيْنَ شُرَكَآءِىَ ٱلَّذِينَ كُنتُمْ تَزْعُمُونَ ﴿٧٤﴾

৭৫। অদুগা নুমিৎ অদুদা মহাকনা কৌরক্কনি মখোইবু অমসুং হায়বিগনি ঃ কদায়দা চৎত্রবগে ঐগী শরুক য়ামিন্নবশিং নখোইনা পুথোকলম্বদু ?"

وَنَزَعْنَا مِن كُلِّ أُمَّةٍ شَهِيدًا فَقُلْنَا هَاتُوا۟ بُرْهَٰنَكُمْ فَعَلِمُوٓا۟ أَنَّ ٱلْحَقَّ لِلَّهِ وَضَلَّ عَنْهُم مَّا كَانُوا۟ يَفْتَرُونَ ﴿٧٥﴾ ع

৭৬। অদুগা ঐখোইনা পুথোকপিগনি জাতি খুদিংদগী সাক্ষী অমমম, মতমদুদা ঐখোইনা হায়বিগনি ঃ "পুথোরকও নখোইগী প্রমাণ।" অদুদা নখোইনা খঙগনি 'অচুম্বা রাদি' অল্লাহ-(ত)গীনি অমসুং মখোইনা চুমদনা শাজিল্লম্বদু মাঙখিগনি মখোইদগী (লাইভ্রা কোঙ্গোল তাকখিবা খঙহৌদবগুম)।

৮ শুবা রুকূ

إِنَّ قَٰرُونَ كَانَ مِن قَوْمِ مُوسَىٰ فَبَغَىٰ عَلَيْهِمْ ۖ وَءَاتَيْنَٰهُ مِنَ ٱلْكُنُوزِ مَآ إِنَّ مَفَاتِحَهُۥ لَتَنُوٓأُ بِٱلْعُصْبَةِ أُو۟لِى

৭৭। তশেংবমক, কারুন হায়বদু মুসাগী কাঙলুপদগীনি, তৌইগুম্বসুং মহাকনা ইফন্দা-ফনবা শক্তং চৎখি মখোইদা। অদুগা ঐখোইনা

পীখি মহাকপু লন-থুম অসুপ য়াম্না মদুদি মহাক্কী পুক্কেগী শোশিং পুবা রানা থোকলম্মী অকনবা মী কাওলুপ অমনা। (য়েংউ!) মহাক্কী মীশিংনা হায়খি মঙোন্দাঃ "হরাওবনা মথোই কাবা তৌগনু, তশেংবমক অল্লাহনা নুংশিবিদে মথোই কানা হরাওবশিংবু।

الْقُوَّةِ إِذْ قَالَ لَهُ قَوْمُهُ لَا تَفْرَحْ إِنَّ اللَّهَ لَا يُحِبُّ الْفَرِحِينَ ﴿٧٦﴾

৭৮। "অদুগা থিয়ু অল্লাহনা নংঙোন্দা পীখিবা (লন-থুম) অদুনা পরলোক (শিরবা মতুং)গী য়ুম, অমসুং থৌওইদবা তৌগনু নংগী নশরুক (অফবা থবকশিংগী) সংসার অসিগী; অমসুং অফবা মহে খাল্লু (অতোপ্পদা) অল্লাহনা তৌবিখিবগুম্না অফবা নংঙোন্দা অমসুং (তাঞ্জা য়েংদুনা) থৌরাংগনু ফত্তবা তৌনবা মালেমথক্তা। তশেংবমক অল্লাহনা নুংশিবিদে খৎন-চৈনহন্নবা থৌরাংবশিংবু।"

وَابْتَغِ فِيمَا آتَاكَ اللَّهُ الدَّارَ الْآخِرَةَ وَلَا تَنْسَ نَصِيبَكَ مِنَ الدُّنْيَا وَأَحْسِنْ كَمَا أَحْسَنَ اللَّهُ إِلَيْكَ وَلَا تَبْغِ الْفَسَادَ فِي الْأَرْضِ إِنَّ اللَّهَ لَا يُحِبُّ الْمُفْسِدِينَ ﴿٧٧﴾

৭৯। (নাপল-মিত্তাংনবা, মহাকনা হায়খিঃ "ঐঙোন্দা পীবিখি (ললয়াম) অসি ঐগী মহে-মশিং ফবদগী (অমসুং নোম্বা কনবদগী)।" খঙদব্রা মহাকনা অল্লাহনা মাঙ-তাকহনবিখি মহাক্কী মমাংদা মীরোন কয়া মঙোন্দগী হেন্না পাঙ্গলবা অমসুং হেন্না শোল্লোই-থুমলোইবা? অদুগা মরাল লৈরবশিংবু (কৈফিয়ৎ পীয়ু) হায়বিরোই মখোইগী মপাপকী।

قَالَ إِنَّمَا أُوتِيتُهُ عَلَىٰ عِلْمٍ عِنْدِي أَوَلَمْ يَعْلَمْ أَنَّ اللَّهَ قَدْ أَهْلَكَ مِنْ قَبْلِهِ مِنَ الْقُرُونِ مَنْ هُوَ أَشَدُّ مِنْهُ قُوَّةً وَأَكْثَرُ جَمْعًا وَلَا يُسْأَلُ عَنْ ذُنُوبِهِمُ الْمُجْرِمُونَ ﴿٧٨﴾

৮০। মরমদুনা মহাকনা (নোংমা নুমিৎ অমদা) চৎখি মহাক্কী মীশিংগী মমাংদা য়াম্না কে-মৌনা (অমসুং গপ তৌদুনা)। তাইবঙ পুন্সি পাম্মন্না পাম্বা মীশিংনা হায়খিঃ "আঃ! ঐখোইদা পীরমলবদি কারুন্দা পীখিবা অদুগুম্না! তশেং-বমক, মহাক্তি মপুনি তমদুনা থোক্তবা লাইবক্কী।"

فَخَرَجَ عَلَىٰ قَوْمِهِ فِي زِينَتِهِ قَالَ الَّذِينَ يُرِيدُونَ الْحَيَاةَ الدُّنْيَا يَا لَيْتَ لَنَا مِثْلَ مَا أُوتِيَ قَارُونُ إِنَّهُ لَذُو حَظٍّ عَظِيمٍ ﴿٧٩﴾

৮১। তৌইগুম্বসুং জ্ঞান পীবিখিবা মীওইশিংনা হায়খিঃ "অরাবনিদা নখোইবু! অল্লাহগী (মনাক্তা লৈবা) মনা-মথিন্না ফবা হেল্লি অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা থবকশিং তৌবশিংগী;

وَقَالَ الَّذِينَ أُوتُوا الْعِلْمَ وَيْلَكُمْ ثَوَابُ اللَّهِ خَيْرٌ

لِمَنْ اٰمَنَ وَعَمِلَ صَالِحًا ۚ وَلَا يُلَقّٰىهَآ اِلَّا الصّٰبِرُوْنَ ۝

অমসুং মসি পীবিরোই কনামতদা অখাং কনবশিং নত্তনা।"

فَخَسَفْنَا بِهٖ وَبِدَارِهِ الْاَرْضَ ۗ فَمَا كَانَ لَهٗ مِنْ فِئَةٍ يَّنْصُرُوْنَهٗ مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ ۚ وَمَا كَانَ مِنَ الْمُنْتَصِرِيْنَ ۝

৮২। মরম অদুনা ঐখোইনা য়োংশিনহনবিখি মহাকপু পৃথিবী(গী গর্ভনুং) দা অমসুং মহাক্কী মযুম-মকৈশিং ; অমসুং মহাক্কীনি হায়বা খুৎপু কনাসু লৈখিদে মহাক্কী মীচং সঙ্গন তৌবিনবা অল্লাহগী মায়োক্তা, নত্তগা ওইখিদে মহাক (অমা) মশাবু ঙাকচবা ঙম্বশিংগী।

وَاَصْبَحَ الَّذِيْنَ تَمَنَّوْا مَكَانَهٗ بِالْاَمْسِ يَقُوْلُوْنَ وَيْكَاَنَّ اللّٰهَ يَبْسُطُ الرِّزْقَ لِمَنْ يَّشَآءُ مِنْ عِبَادِهٖ وَيَقْدِرُ ۚ لَوْلَآ اَنْ مَّنَّ اللّٰهُ عَلَيْنَا لَخَسَفَ بِنَا ۗ وَيْكَاَنَّهٗ لَا يُفْلِحُ الْكٰفِرُوْنَ ۝

৮৩। অদুগা অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা মিহৌখিবা মহাক্কী (নুংঙাইখ্রবা) ফিবমদা মমাংগী নুমিত্তা হায়বা হৌখি : "নং ওইরসনু মাঙ-তাকহনবা! তশেংবমক অল্লাহনা হেনগৎহল্লি চিঞ্জাক মহাকনা চানবিবা (মতিকচাবা) মনাইশিংগী অমসুং চাং কক্কা পী মদু (মহাকনা হুৎহনবদা মতিক থোকই খনবশিংদা)। অল্লাহনা করিগুম্বা থৌজালবিরমদ্রবদি ঐখোইবু, মহাকনা মদুবু য়োংশিনহনবিরমগনি ঐখোইবুসু। আঃ লমফৈ-খোঙফম্নবশিং কদৌঙৈদসু চাওখত্তে।"

৯ শুবা রুকূ

تِلْكَ الدَّارُ الْاٰخِرَةُ نَجْعَلُهَا لِلَّذِيْنَ لَا يُرِيْدُوْنَ عُلُوًّا فِى الْاَرْضِ وَلَا فَسَادًا ۗ وَالْعَاقِبَةُ لِلْمُتَّقِيْنَ ۝

৮৪। মসি পরলোক্কী যুমনি ঐখোইনা পীবি মসি অদুগুম্বা মীওইশিংদা মখোইনা পামদে থোইচৎ-রাংচৎনবা মালেম মকোয়দা নত্তগা ফৎহন্দবা থবক তৌবা। অদুগা অফবা পোল্লোইদি ধর্ম্ম ফঙ্গৈনবশিংগীনি।

مَنْ جَآءَ بِالْحَسَنَةِ فَلَهٗ خَيْرٌ مِّنْهَا ۚ وَمَنْ جَآءَ بِالسَّيِّئَةِ فَلَا يُجْزَى الَّذِيْنَ عَمِلُوا السَّيِّاٰتِ اِلَّا مَا كَانُوْا يَعْمَلُوْنَ ۝

৮৫। কনাগুম্বনা তৌরবদি অফবা অমা, মহাক ফংগনি মদুদগী হেন্না ফবা ; তৌইগুম্বসুং কনা-গুম্বনা তৌরবদি ফত্তবা অমা—ফত্তরম খোঙফম্নবা মখোইদো পীবিরোই মনা-মথিন মখোইনা তৌখিবগী মতিক ওকপদা নত্তনা।

اِنَّ الَّذِيْ فَرَضَ عَلَيْكَ الْقُرْاٰنَ لَرَآدُّكَ اِلٰى مَعَادٍ ۗ

৮৬। থাঙ্গৈশেংবমক, কুরআন (গী য়াথংশিং)বু নংগী নথক্তা তঙাইফদ্রবা ওইহনবিখিবা মহাকনা শোয়দনমক পুবিরক্কনি নংবু অমুকহন্না (নংগী)

قُلْ رَّبِّيْٓ اَعْلَمُ مَنْ جَآءَ بِالْهُدٰى وَمَنْ هُوَ فِيْ ضَلٰلٍ مُّبِيْنٍ ۝٨٥

নহনফমদা। হায়য়ু ঃ "ঐগী মপুনা মুন্না খঙই (অচুম্বা) লমজিং পুরকপা মহাকপু অমসুং তশেংনা লমথৈ-খোঙফম্নবা মহাকপুসু।"

وَمَا كُنْتَ تَرْجُوْٓا اَنْ يُّلْقٰٓى اِلَيْكَ الْكِتٰبُ اِلَّا رَحْمَةً مِّنْ رَّبِّكَ فَلَا تَكُوْنَنَّ ظَهِيْرًا لِّلْكٰفِرِيْنَ ۝٨٦

৮৭। অদুগা নংনা কদৌঙৈদসু আশা তৌখিদে কিতাবসি থাবিরক্কনি হায়বা নংঙোন্দা, তৌইগুম্বসুং মসি থৌজালনি নংগী মপুদগী; মরমদুনা নং কদৌঙৈদসু ওইগনু তেংবাংবা (অমা) লমথৈ-খোঙফম্নবশিংগী।

وَلَا يَصُدُّنَّكَ عَنْ اٰيٰتِ اللّٰهِ بَعْدَ اِذْ اُنْزِلَتْ اِلَيْكَ وَادْعُ اِلٰى رَبِّكَ وَلَا تَكُوْنَنَّ مِنَ الْمُشْرِكِيْنَ ۝٨٧

৮৮। অদুগা মখোইনা নমায় ওথোকহনবিদসনু নংবু অল্লাহগী পাওজেনশিংদগী, মখোইদু ফোংদোকপিখ্রবা মতুংদা নংঙোন্দা; অমসুং কৌশিল্লু (মীওইবশিংবু) নংগী মপুগী মায়কৈদা অমসুং নং ওইগনু (অমা, অল্লাহগী) মশরুক য়ামিন্নবশিং লৈ হায়জিনবশিংদুগী।

وَلَا تَدْعُ مَعَ اللّٰهِ اِلٰهًا اٰخَرَ لَآ اِلٰهَ اِلَّا هُوَ كُلُّ شَيْءٍ هَالِكٌ اِلَّا وَجْهَهٗ لَهُ الْحُكْمُ وَاِلَيْهِ تُرْجَعُوْنَ ۝٨٨

৮৯। অদুগা কৌগনু লাই অমতা অল্লাহ নত্তবা। লৈতে চীঙ্গু লাই কনামতা মহাক নত্তবা। পোৎ পুম্নমক মাঙ-তাক্কনি নত্তনা মহাক্কী চেংলৌ-শক অপানবা। মহাক্কী রায়েল বিচারনি (থৌরম থৌদা পুম্নমক্তা) অমসুং মঙোন্দা নখোই পুম্নমক হনজিনগদবনি।

سُوْرَةُ الْعَنْكَبُوْتِ مَكِّيَّةٌ (٢٩)

অল-অনকবুত সূরহ ২৯

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৭০ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। ঐ অল্লাহনি পোৎ পুম্নমক খঙবনি (অনল্লাহু অ'অলমু)।

الٓمّٓ ②

৩। মীশিংনা খনব্রা মখোইবু হেক্তমক থাদোক-পিগনি (মচীন্দা) অসি হায়বদা ঃ "ঐখোই অচুম্বা থাজরে" অমসুং মখোইবু চাংয়েং করিসু তৌবিরোই ?

اَحَسِبَ النَّاسُ اَنْ يُّتْرَكُوْٓا اَنْ يَّقُوْلُوْٓا اٰمَنَّا وَهُمْ لَا يُفْتَنُوْنَ ③

৪। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা চাং য়েংবিখি মখোইগী মমাংদা লৈরম্বা মখোইদু। মরমদুনা অল্লাহনা শোয়দনমক খঙবিগনি অচুম্বা ঙাংবশিংবু অমসুং (চাংয়েং মতুংদা) মহাকনা শোয়দনমক খঙবিগনি মীনম্বা ঙাংবশিংবু(সু)।

وَلَقَدْ فَتَنَّا الَّذِيْنَ مِنْ قَبْلِهِمْ فَلَيَعْلَمَنَّ اللّٰهُ الَّذِيْنَ صَدَقُوْا وَلَيَعْلَمَنَّ الْكٰذِبِيْنَ ④

৫। নত্রগা ফত্তরম লম্বীনবশিংনা খনব্রা মখোই নাথোকপা য়াগনি ঐখোইদগী ? কয়াদা ফত্তরবা মখোইনা রারেম্পদু !

اَمْ حَسِبَ الَّذِيْنَ يَعْمَلُوْنَ السَّيِّاٰتِ اَنْ يَّسْبِقُوْنَا ۭ سَاۗءَ مَا يَحْكُمُوْنَ ⑤

৬। কনাগুম্বনা আশা তৌরবদি অল্লাহ উনগনি হায়না, (মহাক শেম-শাদুনা লৈজসন্ মদুগীদমক) মরমদি অল্লাহগী লেপখিবা মতমদু শোয়দনমক লাক্কনি। অদুগা মহাক্তি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

مَنْ كَانَ يَرْجُوْا لِقَاۗءَ اللّٰهِ فَاِنَّ اَجَلَ اللّٰهِ لَاٰتٍ ۭ وَهُوَ السَّمِيْعُ الْعَلِيْمُ ⑥

৭। অদুগা কনাগুম্বনা কন্না হোৎনরবদি, কন্না হোৎনবনি মশাগী থরাইগীদমক্তা। থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহদি মনীং তম্বনি, (মহাকনা শেমখিবা) জীব পুম্নমক্কী।

وَمَنْ جَاهَدَ فَاِنَّمَا يُجَاهِدُ لِنَفْسِهٖ ۭ اِنَّ اللّٰهَ لَغَنِيٌّ عَنِ الْعٰلَمِيْنَ ⑦

৮। অদুগুম্বা মীওইশিং অচুম্বা থাজখ্রবা অমসুং (মশিঙ্গাং ওইনা) তৌখ্রবা অফবা থবকশিং, ঐখোইনা শোয়দনমক লৌথোকপিগনি মখোইদগী

وَالَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ لَنُكَفِّرَنَّ عَنْهُمْ

سَيِّاٰتِهِمْ وَلَنَجْزِيَنَّهُمْ اَحْسَنَ الَّذِىْ كَانُوْا يَعْمَلُوْنَ ⑧

মখোইগী ফত্তবশিং অমসুং ঐখোইনা শোয়দনমক পীবিগনি মখোইবু খ্বাইদগী হেন্না ফবা মনা-মথিন মখোইগী থবকশিংগী।

وَوَصَّيْنَا الْاِنْسَانَ بِوَالِدَيْهِ حُسْنًا ۗ وَاِنْ جَاهَدٰكَ لِتُشْرِكَ بِىْ مَا لَيْسَ لَكَ بِهٖ عِلْمٌ فَلَا تُطِعْهُمَا ۗ اِلَىَّ مَرْجِعُكُمْ فَاُنَبِّئُكُمْ بِمَا كُنْتُمْ تَعْمَلُوْنَ ⑨

৯। অদুগা ঐখোইনা য়াথংনবিখ্রে মীওইবা জাতিদা লূনা-চান্না তৌনবা মহাক্কী মপা-মমাবু। তৌইগুম্বসুং মখোইনা লাক্লুরবদি নংবু তিন্নহন্নবগী (অতোপ্পা খোয়ম লাইশিংবু) লোয়ননা ঐহাক্কা মদুগী মরমদা নংনা করিসু খঙজদবা, মতমদুদা ইনগনু মখোইনা হায়বদা। ঐঙোন্দা নখোই হল্লক্কদবনি অমসুং ঐনা ফোংদোকপিগনি নখোইনা তৌখিবদু।

وَالَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ لَنُدْخِلَنَّهُمْ فِى الصّٰلِحِيْنَ ⑩

১০। অদুগা অচুম্বা থাজখ্রবা অমসুং অফবা থবকশিং তৌবা মখোইদু— ঐখোইনা শোয়দনমক চঙহনবিগনি (অপুনবা মরূপ্তা) ধর্ম্ম কায়দ-বশিংগী।

وَمِنَ النَّاسِ مَنْ يَّقُوْلُ اٰمَنَّا بِاللّٰهِ فَاِذَاۤ اُوْذِىَ فِى اللّٰهِ جَعَلَ فِتْنَةَ النَّاسِ كَعَذَابِ اللّٰهِ ۗ وَلَئِنْ جَآءَ نَصْرٌ مِّنْ رَّبِّكَ لَيَقُوْلُنَّ اِنَّا كُنَّا مَعَكُمْ ۗ اَوَلَيْسَ اللّٰهُ بِاَعْلَمَ بِمَا فِىْ صُدُوْرِ الْعٰلَمِيْنَ ⑪

১১। অদুগা মীশিংগী মরক্তা অসিগুম্বা মীত্রা খরা লৈ মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইনা থাজে অল্লাহবু," তৌইগুম্বসুং মখোইবু ফংহল্লবদি অরাবা খরা অল্লাহগী মরমদা, মখোইনা খল্লি (অচুম্বা থাজদবা) মীশিংনা ওৎ-নৈবদু অল্লাহগী রায়েল-চৈরাক্কা মান্ননা। অদুবু করিগুম্বা মতেং লাকলবদি (মুসলিম-শিংদা) নংগী মপুগী মায়কৈদগী, মখোই (পুকচেল চুমদবা ওইদবা হৈনবশিং) না হায়ঃ "তশেংবমক ঐখোই লোয়নখি নখোইগা (মতম পুম্নামক্তা)।" অল্লাহনা খঙদব্রা মীওইবশিংগী মথম্মোইনুংদা লৈবদু ?

وَلَيَعْلَمَنَّ اللّٰهُ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَلَيَعْلَمَنَّ الْمُنٰفِقِيْنَ ⑫

১২। অদুগা অল্লাহনা শোয়দনমক তোঙাম্না খায়দোকপিগনি অচুম্বা থাজবশিংবু অমসুং মহাকনা শোয়দনমক তোঙাম্না খায়দোকপিগনি মতাৎ তৌবশিংবু ধর্ম্ম-ফম্বেনবশিংদগী)।

وَقَالَ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا لِلَّذِيْنَ اٰمَنُوا اتَّبِعُوْا سَبِيْلَنَا وَلْنَحْمِلْ خَطٰيٰكُمْ ۗ وَمَا هُمْ بِحٰمِلِيْنَ مِنْ خَطٰيٰهُمْ

১৩। অদুগা লমহৈ-খোঙফম্নবশিংনা হায় অচুম্বা থাজবশিংদাঃ "তুং ইল্লু ঐখোইগী লম্বী অমসুং ঐখোইনা পুবিগনি নখোইগী নপাপশিং।"

مِّن شَيْءٍ ۖ إِنَّهُمْ لَكَاذِبُونَ ﴿١٢﴾

তৌই গুম্বসুং মখোইনা পুবিরোই মখোইগী মপাপ করিমত্তা (মরমদি মী খুদিং মশা-মশাগী দায়ী পোৎলুম পুবনি)। থাঙ্গৈশেংবমক মখোই লৌশিং মীনম লাংথাকপশিংনি।

وَلَيَحْمِلُنَّ أَثْقَالَهُمْ وَأَثْقَالًا مَّعَ أَثْقَالِهِمْ ۖ وَلَيُسْأَلُنَّ يَوْمَ الْقِيَامَةِ عَمَّا كَانُوا يَفْتَرُونَ ﴿١٣﴾ ع

১৪। অদুগা মখোই শোয়দনমক পুগনি মখোইহ মশামক্কী পোৎলুমশিং অমসুং অতোপ্পা পোৎলুম-শিংগা। অমসুং মখোইবু শোয়দনমক রা হংবিগনি শিবদগী অমুক হিংগৎহনবিগদবা নুমিত্তা মখোইনা ওইদবা শাগৎলম্বা অদুগী মরমদা।

২ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ أَرْسَلْنَا نُوحًا إِلَىٰ قَوْمِهِ فَلَبِثَ فِيهِمْ أَلْفَ سَنَةٍ إِلَّا خَمْسِينَ عَامًا فَأَخَذَهُمُ الطُّوفَانُ وَهُمْ ظَالِمُونَ ﴿١٤﴾

১৫। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখি নূহবু মহাক্কী কাংলুপ্তা, মরমদুনা মহাক লৈরমখি মখোইগী মরক্তা চহি লিশিং অমদগী য়াংখৈ তাবা। তৌইগুম্বসুং ঈশিং ঈচাওনা লাকহৎপিখি মখোইবু, মরমদি মখোই ওইখি অরানবা লম্বীনবশিং।

فَأَنجَيْنَاهُ وَأَصْحَابَ السَّفِينَةِ وَجَعَلْنَاهَا آيَةً لِّلْعَالَمِينَ ﴿١٥﴾

১৬। মতমদুদা ঐখোইনা কনবিখি মহাকপু অমসুং (মহাক্কা লোয়নখিবা) রাকয়ৈ-হীজাও তোংখিবশিংদু, অমসুং ওইহনবিখি মদু খুদম অমা মীওইবা পুম্নমক্কীদমক্তা।

وَإِبْرَاهِيمَ إِذْ قَالَ لِقَوْمِهِ اعْبُدُوا اللَّهَ وَاتَّقُوهُ ۖ ذَٰلِكُمْ خَيْرٌ لَّكُمْ إِن كُنتُمْ تَعْلَمُونَ ﴿١٦﴾

১৭। অদুগা (নীংশিংঙু) ইব্রাহীমবু, মহাকনা হায়খি মহাক্কী মীশিংদা: "খুরুম-খাজংঙু অল্লাহবু অমসুং কিয়ু মহাকপু। মদুনা ওইগনি নখোইগী হেন্না ফবা, নখোইনা করিগুম্বা খঙলবদি।

إِنَّمَا تَعْبُدُونَ مِن دُونِ اللَّهِ أَوْثَانًا وَتَخْلُقُونَ إِفْكًا ۚ إِنَّ الَّذِينَ تَعْبُدُونَ مِن دُونِ اللَّهِ لَا يَمْلِكُونَ لَكُمْ رِزْقًا فَابْتَغُوا عِندَ اللَّهِ الرِّزْقَ وَاعْبُدُوهُ وَاشْكُرُوا لَهُ ۖ إِلَيْهِ تُرْجَعُونَ ﴿١٧﴾

১৮। "নখোইনা তৌই ঈরাৎ-পুজা (লাইগী) মূর্তিশিং অল্লাহ নত্তববু অমসুং নখোইনা পুথোকই মীনম পাওরাল। নখোইনা ঈরাৎ পুজা তৌরিবা অল্লাহ নত্তবা (খোয়ম লাই) শিং অদুগী মতিক লৈতে চিঞ্জাক পীবা নখোইগীদমক্তা। মরমদুনা থিয়ু চিঞ্জাক অল্লাহদগী অমসুং খুরুম-খাজংঙু মহাকপু অমসুং তৌবিমল খঙবা উৎলু মঙোন্দা: মরমদি মঙোন্দা নখোই হনজিনগনি (শিরবা মতুংদা)।"

১৯। অদুগা নখোইনা য়াদ্রবদি (অচুম্বা পাওজেন), মীরোনশিং নখোইগী মমাংদা লৈরমখিবনসু য়াখিদে মদু। রসুলগী তৌগদবা মথৌদি তশেংনা (পাওজেন) থুংহনবতনি।

وَإِن تُكَذِّبُوا فَقَدْ كَذَّبَ أُمَمٌ مِّن قَبْلِكُمْ ۖ وَمَا عَلَى الرَّسُولِ إِلَّا الْبَلَاغُ الْمُبِينُ ﴿١٩﴾

২০। উদব্রা মখোই মতৌ করম্না অল্লাহনা পুথোকখিবা জীবশিংবু, অদুগী তুংদা হন্না-হন্না থোকহনখিবা মদু ? মদু তশেংবমক তরায়বনি অল্লাহদা।

أَوَلَمْ يَرَوْا كَيْفَ يُبْدِئُ اللَّهُ الْخَلْقَ ثُمَّ يُعِيدُهُ ۚ إِنَّ ذَٰلِكَ عَلَى اللَّهِ يَسِيرٌ ﴿٢٠﴾

২১। হায়য়ু ঃ "কোয়য়ু পৃথিবী অমসুং য়েংউ মতৌ করম্না মহাকনা পুথোকখিবা অহানবা খুৎশেম (জীবশিংগী); অদুগী তুংদা অল্লাহনা থোকহনবা অকোনবা খুৎশেম। তশেংবমক অল্লাহদি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

قُلْ سِيرُوا فِي الْأَرْضِ فَانظُرُوا كَيْفَ بَدَأَ الْخَلْقَ ۚ ثُمَّ اللَّهُ يُنشِئُ النَّشْأَةَ الْآخِرَةَ ۚ إِنَّ اللَّهَ عَلَىٰ كُلِّ شَيْءٍ قَدِيرٌ ﴿٢١﴾

২২। মহাকনা থাবি রায়েল-চৈরাক মহাকনা থাবিনীংবা (মতিকচাবা) শিংদা অমসুং ঙাকপি মহাকনা ঙাকপিনীংবা (মতিকচাবা) শিংবুতা; অমসুং মঙোন্দা নখোইবু হনজিনহনবিগনি।

يُعَذِّبُ مَن يَشَاءُ وَيَرْحَمُ مَن يَشَاءُ ۖ وَإِلَيْهِ تُقْلَبُونَ ﴿٢٢﴾

২৩। অদুগা নখোইনা ঙমলোই থুগায়বা অল্লাহগী থৌরাং মালেমদা নত্ত্রগা কোরৌ নোংমদোলদা নত্ত্রগা লৈরোই নখোইগী মরূপ নত্ত্রগা তেংবাংবিনবা কনামতা অল্লাহ নত্তবা।

৩ শুবা রুকূ

وَمَا أَنتُم بِمُعْجِزِينَ فِي الْأَرْضِ وَلَا فِي السَّمَاءِ ۖ وَمَا لَكُم مِّن دُونِ اللَّهِ مِن وَلِيٍّ وَلَا نَصِيرٍ ﴿٢٣﴾ ع

২৪। অদুগা নিন্দা তৌদুনতা লৈবশিং অল্লাহগী পাওজেনশিংদা অমসুং উনগনি হায়বদা মহাক্কা (কিয়ামত নুমিত্তা)—মখোইসে আশা মাঙলবশিংনি ঐগী ঙাকপিবগী অমসুং মখোইসে ফংলগনি অরাবগী মশক ওইরবা রায়েল-চৈরাক।

وَالَّذِينَ كَفَرُوا بِآيَاتِ اللَّهِ وَلِقَائِهِ أُولَٰئِكَ يَئِسُوا مِن رَّحْمَتِي وَأُولَٰئِكَ لَهُمْ عَذَابٌ أَلِيمٌ ﴿٢٤﴾

২৫। অদুগা (ইব্রাহীম) মহাক্কী মীশিংগী পাওখুমদা মখোইনা অসিতা হায়খি ঃ "হাৎলু মহাকপু নত্ত্রগা মৈ থাও মহাকপু" তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা কনবিখি মহাকপু মৈদগী। থাগৈশেংবমক মসিদা লৈরে খুদমশিং অচুম্বা থাজবা মীশিংগীদমক্তা।

فَمَا كَانَ جَوَابَ قَوْمِهِ إِلَّا أَن قَالُوا اقْتُلُوهُ أَوْ حَرِّقُوهُ فَأَنجَاهُ اللَّهُ مِنَ النَّارِ ۚ إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَاتٍ لِّقَوْمٍ يُؤْمِنُونَ ﴿٢٥﴾

وَقَالَ إِنَّمَا اتَّخَذْتُم مِّن دُونِ اللَّهِ أَوْثَانًا مَّوَدَّةَ بَيْنِكُمْ فِي الْحَيَاةِ الدُّنْيَا ۖ ثُمَّ يَوْمَ الْقِيَامَةِ يَكْفُرُ بَعْضُكُم بِبَعْضٍ وَيَلْعَنُ بَعْضُكُم بَعْضًا وَمَأْوَاكُمُ النَّارُ وَمَا لَكُم مِّن نَّاصِرِينَ ﴿٢٥﴾

২৬। মহাকনা হায়খি: "তশেংবমক নখোইনা লৌখ্রে লাইগী মূর্তিশিংবু (ঈরাৎ পূজা তৌনবগী) হেন্দোক্লা অল্লাহদগী, অমগা-অমগা নুংশিনদুনা তাইবঙ পুন্সি খোঙফমদা। মসিগী মতুংদা কিয়ামত নুমিত্তা নখোই অমনা অমবু য়ারোই অমসুং অমনা অমবু সিরাপ তৌগনি। অদুগা নখোইগী লৈফমদি খাম্বি মৈদনি অমসুং নখোইগী লৈরোই তেংবাংবিবশিং।"

وقف لازم

فَآمَنَ لَهُ لُوطٌ ۘ وَقَالَ إِنِّي مُهَاجِرٌ إِلَىٰ رَبِّي ۖ إِنَّهُ هُوَ الْعَزِيزُ الْحَكِيمُ ﴿٢٦﴾

২৭। মরম অদুনা লুতনা থাজবিখি মহাকপু। অদুগা ইব্রাহীমনা হায়খি: ঐ য়ুম হোংলগনি ঐগী মপুগী মায়কৈদা। তশেংবমক মহাক্তি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَوَهَبْنَا لَهُ إِسْحَاقَ وَيَعْقُوبَ وَجَعَلْنَا فِي ذُرِّيَّتِهِ النُّبُوَّةَ وَالْكِتَابَ وَآتَيْنَاهُ أَجْرَهُ فِي الدُّنْيَا ۖ وَإِنَّهُ فِي الْآخِرَةِ لَمِنَ الصَّالِحِينَ ﴿٢٧﴾

২৮। অদুগা ঐখোইনা পীখি মহাকপু (মচানিপা) ইসহাক অমসুং (মশুনিপা) য়াকুব, অমসুং ঐখোইনা থম্বিখি নবীগী ফম অমসুং কিতাব মহাক্কী মচা-মশুশিংদা, অমসুং ঐখোইনা পীখি মহাকপু মহাক্কী মনা-মথিন হন্দক্কী মপোক্তা, অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদা মহাক শোয়দনমক তিনগনি মরক্তা ধর্ম্ম কায়দবশিংগী।

وَلُوطًا إِذْ قَالَ لِقَوْمِهِ إِنَّكُمْ لَتَأْتُونَ الْفَاحِشَةَ مَا سَبَقَكُم بِهَا مِنْ أَحَدٍ مِّنَ الْعَالَمِينَ ﴿٢٨﴾

২৯। অদুগা (নীংশিঙু) লুতবু মহাকনা হায়খি মহাক্কী মীশিংদা: নখোইনা তৌই ঈকাইখঙদবা থবক (সংসারগী) জাতি কনামতনা কদৌঙেদসু তৌখিদরিবা নখোইগী মমাংদা।

أَئِنَّكُمْ لَتَأْتُونَ الرِّجَالَ وَتَقْطَعُونَ السَّبِيلَ وَتَأْتُونَ فِي نَادِيكُمُ الْمُنكَرَ ۖ فَمَا كَانَ جَوَابَ قَوْمِهِ إِلَّا أَن قَالُوا ائْتِنَا بِعَذَابِ اللَّهِ إِن كُنتَ مِنَ الصَّادِقِينَ ﴿٢٩﴾

৩০। নখোইনা রাগীন তৌদব্রা নিপাশিংদা অমসুং নমদুনা মুন্দবরা পোৎ-চৈশিং (লংফৈ চৎপশিংদগী) সোড়োক লমজাওদা অমসুং তৌদব্রা ফত্তবা থবকশিং নখোইগী মীতিনশিংদা? তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মীশিংগী পাওখুমদা অসিতা মখোইনা হায়খি: "পুরকও ঐখোইগী ইথক্তা অল্লাহগী রায়েল-চৈরাক, নংনা অচুম্বা ঙাঙলবদি।"

قَالَ رَبِّ انصُرْنِي عَلَى الْقَوْمِ الْمُفْسِدِينَ ﴿٣٠﴾ ع

৩১। মহাকনা হায়খি: "ঐগী মপুও! নতেং পীনবিয়ু ঐবু লাম্ককনবদা লমচৎ নাইদবা মীশিংগা।"

৪ শুবা রুকূ

৩২। অদুগা ঐখোইগী পাও পুবশিংনা লাকখিবদা ইব্রাহীমদা হরাওবা পাওগা লোয়ননা, মখোইনা হায়খিঃ "ঐখোইনা মাঙ-তাকহনবিগদৌরি মীশিংবু শহর অসিগী, মরমদি মাগী মীশিং তশেংনা অরানবা লম্বীনবশিংনি।

وَلَمَّا جَآءَتْ رُسُلُنَآ إِبْرَٰهِيمَ بِٱلْبُشْرَىٰ قَالُوٓا۟ إِنَّا مُهْلِكُوٓا۟ أَهْلِ هَٰذِهِ ٱلْقَرْيَةِ ۖ إِنَّ أَهْلَهَا كَانُوا۟ ظَٰلِمِينَ ۝٣١

৩৩। মহাকনা হায়খিঃ "(য়েংউ!) লুত লৈবনি মসিদা।" মখোইনা পাওখুমখিঃ "ঐখোইনা মুন্না খঙই মসিদা লৈবশিং। ঐখোইনা শোয়দনমক কনবিগনি মহাকপু অমসুং মহাক্কী মতুং ইনবশিংবু, মহাক্কী মলিকহ নত্তনাঃ মহাক্তি (অমনি) মরক্তা তুংদা লৈহৌবশিংগী।

قَالَ إِنَّ فِيهَا لُوطًا ۚ قَالُوا۟ نَحْنُ أَعْلَمُ بِمَن فِيهَا ۖ لَنُنَجِّيَنَّهُۥ وَأَهْلَهُۥٓ إِلَّا ٱمْرَأَتَهُۥ كَانَتْ مِنَ ٱلْغَٰبِرِينَ ۝٣٢

৩৪। অদুগা ঐখোইগী দুতশিংনা লাকখিবদা লুতদা, মহাক য়ৌনা রাখি মখোইগী মরমগীদমক অমসুং করি তৌনিঙঙাই লৈখিদে মখোইগী মরীদা। অদুদা মখোইনা হায়খিঃ "কিগনু নত্রগা রাগনু। ঐখোইনা শোয়দনমক কনবিগনি নংবু অমসুং নংগী তুং-ইনবশিংবু, নংগী মলিকহ নত্তনা, মহাক্তি (অমনি) মরক্তা তুংদা লৈহৌবশিংগী।

وَلَمَّآ أَن جَآءَتْ رُسُلُنَا لُوطًا سِىٓءَ بِهِمْ وَضَاقَ بِهِمْ ذَرْعًا وَقَالُوا۟ لَا تَخَفْ وَلَا تَحْزَنْ ۖ إِنَّا مُنَجُّوكَ وَأَهْلَكَ إِلَّا ٱمْرَأَتَكَ كَانَتْ مِنَ ٱلْغَٰبِرِينَ ۝٣٣

৩৫। "ঐখোইনা শোয়দনমক থাবিগদৌরি শহর অসিদা লৈবা মীশিংগী মথক্তা (তমথীবা) রায়েল-চৈরাক অমা কোরো নোংমদোন্দগী, মরমদি মখোই কা হেন্দোকপশিংনি।"

إِنَّا مُنزِلُونَ عَلَىٰٓ أَهْلِ هَٰذِهِ ٱلْقَرْيَةِ رِجْزًا مِّنَ ٱلسَّمَآءِ بِمَا كَانُوا۟ يَفْسُقُونَ ۝٣٤

৩৬। অদুগা থাঙ্গৎশেংবমক ঐখোইনা থম্বিরমখ্রে মদুগী তশেংবা খুদম অমা অখঙবা মীওই-শিংগীদমক্তা।

وَلَقَد تَّرَكْنَا مِنْهَآ ءَايَةًۢ بَيِّنَةً لِّقَوْمٍ يَعْقِلُونَ ۝٣٥

৩৭। অদুগা মডয়ন কাঙলুপ্তা (ঐখোইনা থাবিখি) মখোইগী মচিন-মনাও শুঐব, মহাকনা হায়খিঃ "হো ঐগী কাঙলুপ! খুরুম-খাজংঙু অল্লাহবু অমসুং নীংশিংদুনা লৈয়ু অরোয়বা নুমিৎপু অমসুং লমকেৎ লমহাইগনু মালেমথক্তা ফত্তবা চাইথোক্নুনা।"

وَإِلَىٰ مَدْيَنَ أَخَاهُمْ شُعَيْبًا فَقَالَ يَٰقَوْمِ ٱعْبُدُوا۟ ٱللَّهَ وَٱرْجُوا۟ ٱلْيَوْمَ ٱلْءَاخِرَ وَلَا تَعْثَوْا۟ فِى ٱلْأَرْضِ مُفْسِدِينَ ۝٣٦

فَكَذَّبُوهُ فَأَخَذَتْهُمُ الرَّجْفَةُ فَأَصْبَحُوا فِي دَارِهِمْ جَاثِمِينَ ۝٣٧

৩৮। তৌইগুম্বসুং মখোইনা কৌখি মহাকপু লৌশিং মীনম লাংথাকপা হায়না। মরমদুনা অকনবা যুহার হাবা অমনা লাঙ্গোয় চনখি মখোইবু অমসুং ময়ুমশিংদা মখোই মখোঙ-মখুংশিং তিংথোক্কুনা লৈবাকথক্তা তারম্মী।

وَعَادًا وَثَمُودَا وَقَدْ تَبَيَّنَ لَكُمْ مِنْ مَسَاكِنِهِمْ وَزَيَّنَ لَهُمُ الشَّيْطَانُ أَعْمَالَهُمْ فَصَدَّهُمْ عَنِ السَّبِيلِ وَكَانُوا مُسْتَبْصِرِينَ ۝٣٨

৩৯। অদুগা (ঐখোইনা মাঙহনবিখি) আদশিং অমসুং সমূদশিংবু; অমসুং নখোইনা তশেংনা উই মখোইগী (মাঙ-তাকহনবিগ্রবা) ময়ুম-মকৈ-শিংদগী (মখোইগী হৈ-শিংবগী মতৌ অমসুং চাওখৎলম্বগী মওং)। অদুগা (মখোই অসুপকি মতিক লমফৈ-খোঙফম্নখি অমসুং নাপাল্ল-মিত্তাংনখি মদুদি) শৈতান্না উহনবিখি মখোইগী (অচোপ্পা) থবকশিংবু ফজবগুম্না মখোইদা অদুনা মহাকনা মমায় লৈথোকহনবিখি মখোইবু (অচুম্বা) লম্বীদগী, মখোই হৈথোই-শিংথোইবা ওইরমখ্রবসু।

وَقَارُونَ وَفِرْعَوْنَ وَهَامَانَ وَلَقَدْ جَاءَهُمْ مُوسَىٰ بِالْبَيِّنَاتِ فَاسْتَكْبَرُوا فِي الْأَرْضِ وَمَا كَانُوا سَابِقِينَ ۝٣٩

৪০। অদুগা (ঐখোইনা মাঙহনবিখি) কারুন অমসুং ফিরঔন অমসুং হামান। অদুগা থাঙ্গৈশেংবমক মূসা লাকখি মখোইদা তশেং-তশেংবা খুদমশিংগা লোয়ননা, তৌইগুম্বসুং মখোই থোইনমক চাউথোক-ওংথোকখি (মখোইগী) মরমদমদা; অদুম ওইনমক মখোই করিমতা হেন্দোকপা ঙমখিদে (ঐখোইগী খুৎপায়দগী)।

فَكُلًّا أَخَذْنَا بِذَنْبِهِ فَمِنْهُمْ مَنْ أَرْسَلْنَا عَلَيْهِ حَاصِبًا وَمِنْهُمْ مَنْ أَخَذَتْهُ الصَّيْحَةُ وَمِنْهُمْ مَنْ خَسَفْنَا بِهِ الْأَرْضَ وَمِنْهُمْ مَنْ أَغْرَقْنَا وَمَا كَانَ اللَّهُ لِيَظْلِمَهُمْ وَلَٰكِنْ كَانُوا أَنْفُسَهُمْ يَظْلِمُونَ ۝٤٠

৪১। মরম অদুনা ঐখোইনা ফাবিখি মখোই খুদিংমকপু মাগী-মাগী মপাপনা মরক্নদুনাঃ (১) মখোই খরগী মথক্তা ঐখোইনা থাবিখি নুং পূবা নোংবৈ- নুংশিৎ২) অমসুং মখোই খরবুনা ফাবিখি ভুং-ভুং ঙংনা পোকখায়বনা, (৩) অমসুং মখোই খরবুনা ঐখোইনা পৃথিবীদা য়োৎশিনহনবিখি (৪) অমসুং মখোই খরবুনা ঐখোইনা ঈশিংদা ঈরাক্লহনবিখি। অল্লাহনা তৌবিখিদে অরানবা মখোইবু, তৌইগুম্বসুং মখোই মশানা-মশাবু অরানবা খোঙফম্নহনজখিবনি।

مَثَلُ الَّذِيْنَ اتَّخَذُوْا مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ اَوْلِيَآءَ كَمَثَلِ الْعَنْكَبُوْتِ ۚ اِتَّخَذَتْ بَيْتًا ۗ وَاِنَّ اَوْهَنَ الْبُيُوْتِ لَبَيْتُ الْعَنْكَبُوْتِ ۘ لَوْ كَانُوْا يَعْلَمُوْنَ ﴿٤١﴾

৪২। পান্দম অমদি অল্লাহ নত্তবা (অৱানবা লাই)শিংবু ঙাকপিবা ওইনা লৌবা মীশিংগী মান্নবা মতৌদি মিগুম্বনি, মানা শাই মাগী মহুম পোঞ্জেন (মিরাং), তৌইগুম্বসুং য়ুমশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না অশোনবা মিগী য়ুমনি, নখোইনা করিগুম্বা খঙলমলবদি।

اِنَّ اللّٰهَ يَعْلَمُ مَا يَدْعُوْنَ مِنْ دُوْنِهٖ مِنْ شَيْءٍ ۗ وَهُوَ الْعَزِيْزُ الْحَكِيْمُ ﴿٤٢﴾

৪৩। থাঙ্গেশেংবমক অল্লাহনা খঙই মখোইনা (মপুকনিং অপুম্বা চঙনা) কৌজরিবা-পুম্বা মহাক নত্তনা। অদুগা মহাক্তি লাকঙম্বনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَتِلْكَ الْاَمْثَالُ نَضْرِبُهَا لِلنَّاسِ ۚ وَمَا يَعْقِلُهَآ اِلَّا الْعٰلِمُوْنَ ﴿٤٣﴾

৪৪। অদুগা পান্দমশিংসি ঐখোইনা পুথোকপি মীওইবা জাতিগী (ভাব তানবগী)দমক (অপঙ-অশিং নাইদনা), তৌইগুম্বসুং জ্ঞান লৈবশিংতনা খঙবা ঙম্মি মখোইবু।

خَلَقَ اللّٰهُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضَ بِالْحَقِّ ۗ اِنَّ فِيْ ذٰلِكَ لَاٰيَةً لِّلْمُؤْمِنِيْنَ ﴿٤٤﴾

৪৫। অল্লাহনা শেম-শাবিখি আসমান অমসুং পৃথিবীবু অচুম্বগা লোয়ননা। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা অচুম্বা থাজবশিংগী-(ৱাখল তৌনবগী)।

৫ শুবা রুকূ

اُتْلُ مَآ اُوْحِيَ اِلَيْكَ مِنَ الْكِتٰبِ وَاَقِمِ الصَّلٰوةَ ۗ اِنَّ الصَّلٰوةَ تَنْهٰى عَنِ الْفَحْشَآءِ وَالْمُنْكَرِ ۗ وَلَذِكْرُ اللّٰهِ اَكْبَرُ ۗ وَاللّٰهُ يَعْلَمُ مَا تَصْنَعُوْنَ ﴿٤٥﴾

৪৬। থীথৌ নংঙোন্দা ফোংদোকপিখিবা কিতাবকী শরুক অদু অমসুং (চাং নাইনা) নমাজ তৌ। থাঙ্গেশেংবমক নমাজনা থিংই (মী অমবু) লূদবা অমসুং ফত্তবদগী। অল্লাহবু নীংশিঙবনা তশেংবমক খ্বাইদগী হেন্না চাওবা (পুণ্য)নি। অদুগা অল্লাহনা খঙই নখোইনা তৌরিবা-পুম্বা।

وَلَا تُجَادِلُوْٓا اَهْلَ الْكِتٰبِ اِلَّا بِالَّتِيْ هِيَ اَحْسَنُ ۖ اِلَّا الَّذِيْنَ ظَلَمُوْا مِنْهُمْ وَقُوْلُوْٓا اٰمَنَّا بِالَّذِيْٓ اُنْزِلَ اِلَيْنَا وَاُنْزِلَ اِلَيْكُمْ وَاِلٰهُنَا وَاِلٰهُكُمْ وَاحِدٌ وَّنَحْنُ لَهٗ مُسْلِمُوْنَ ﴿٤٦﴾

৪৭। অদুগা চীন্দান্নগনু কিতাব ফংখ্রবা মীশিংগা য়াম্না ফজবা মওংদা (ঙাক্ন-শান্নবা) নত্তনা, তৌইগুম্বসুং (চীন্দান্নবা ইতৌ-তৌগনু) মখোইগী মরক্তা অসিগুম্বা মীতাশিং চুমদবদা খুমাং চাওশিনবগা। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "ঐখোই থাজ্জে ঐখোইদা ফোংদোকপিখিবা অদুদা অমসুং নখোইদা (হান্না) ফোংদোকপিখিবা (ৱাপাও) অদুদসু; অমসুং ঐখোইগী খুদা অমসুং নখোইগী খুদা অমতনি অমসুং মঙোন্দা ঐখোই চঙজে।"

৪৮। অদুগা অসুম্না ঐখোইনা থাবিখি (কুরআন) কিতাবদু নংঙোন্দা, মরমদুনা ঐখোইনা (তৌরাত) কিতাব পীখ্রবা মখোইদুনা থাজে মসিবু; অমসুং (কিতাব ফংখিদরিবা অরবীশিং) মখোইসিগী মরক্তা (মবুদ্ধি লৈবা) খরনা থাজে মসিবু। অদুগা কনামতনা য়াদবা তৌদে ঐখোইগী পাওজেনশিংবু লমফৈ-খোঙফম্নদুনতা লৈবা মীশিং নত্তনা।

وَكَذٰلِكَ اَنْزَلْنَآ اِلَيْكَ الْكِتٰبَ ۭ فَالَّذِيْنَ اٰتَيْنٰهُمُ الْكِتٰبَ يُؤْمِنُوْنَ بِهٖ ۚ وَمِنْ هٰٓؤُلَاۗءِ مَنْ يُّؤْمِنُ بِهٖ ۭ وَمَا يَجْحَدُ بِاٰيٰتِنَآ اِلَّا الْكٰفِرُوْنَ ؀

৪৯। অদুগা নংনা পাখিদরি কিতাব অমতা মসিগী মমাংদা, নত্রগা নংনা ইখিদরি (কিতাব) অমা নংগী নখুৎ য়েৎনা; করিগুম্বা নংনা তৌর-মলবদি মদুমক মীনমজাওবশিংনা (শোয়দনমক) চিংনরমগনি (কুরআনসে আসমানী কিতাব অমনি হায়বদা)।

وَمَا كُنْتَ تَتْلُوْا مِنْ قَبْلِهٖ مِنْ كِتٰبٍ وَّلَا تَخُطُّهٗ بِيَمِيْنِكَ اِذًا لَّارْتَابَ الْمُبْطِلُوْنَ ؀

৫০। নত্তে, মসি তশেংবা পাওজেনশিংনি মথম্মোই-নুংশিদা জ্ঞান পীবিখিবা মীওই-শিংদুগী। অদুগা কনামতনা যাদবা তৌদে ঐখোইগী পাওজেনশিংবু অরানবা লম্বীনবশিং নত্তনা।

بَلْ هُوَ اٰيٰتٌۢ بَيِّنٰتٌ فِيْ صُدُوْرِ الَّذِيْنَ اُوْتُوا الْعِلْمَ ۭ وَمَا يَجْحَدُ بِاٰيٰتِنَآ اِلَّا الظّٰلِمُوْنَ ؀

৫১। অদুগা মখোইনা হায়ঃ "করি মরমগী খুদমশিং থাবিরক্তবগে মঙোন্দা মহাক্কী মপুদগী?" হায়য়ু (মখোইদা)ঃ খুদমশিংদি লৈবনি অল্লাহগী মনাক্তা অমসুং ঐদি তশেংনা চেকশন্নবা হায়বিবা মীনি।"

وَقَالُوْا لَوْلَآ اُنْزِلَ عَلَيْهِ اٰيٰتٌ مِّنْ رَّبِّهٖ ۭ قُلْ اِنَّمَا الْاٰيٰتُ عِنْدَ اللّٰهِ ۭ وَاِنَّمَآ اَنَا نَذِيْرٌ مُّبِيْنٌ ؀

৫২। মখোইবু অসিনা ওক্তরিব্রা মদুদি ঐখোইনা থাবিখ্রে নংঙোন্দা (মপুংফাবা) কিতাবদু মদু নংনা থীথদুনা তাহল্লি মখোইবু? থাঙ্গৈমকশেংনা মসিদা য়াওরি থৌজাল অমসুং নীংশিঙহল্লিবা পোৎ অচুম্বা থাজবা মীওইশিংগীদমক্তা।

اَوَلَمْ يَكْفِهِمْ اَنَّآ اَنْزَلْنَا عَلَيْكَ الْكِتٰبَ يُتْلٰى عَلَيْهِمْ ۭ اِنَّ فِيْ ذٰلِكَ لَرَحْمَةً وَّذِكْرٰى لِقَوْمٍ يُّؤْمِنُوْنَ ؀

৬ শুবা রুকূ

৫৩। হায়য়ুঃ অল্লাহনা ওকলে সাক্ষী অমা ওইবিবদা ঐ অমসুং নখোইগী মরক্তা। মহাকনা খঙই স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা-পুম্বা। করিসু

قُلْ كَفٰى بِاللّٰهِ بَيْنِيْ وَبَيْنَكُمْ شَهِيْدًا ۚ يَعْلَمُ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۭ وَالَّذِيْنَ اٰمَنُوْا بِالْبَاطِلِ وَكَفَرُوْا

بِاللّٰهِ ۙ اُولٰٓئِكَ هُمُ الْخٰسِرُوْنَ ﴿٥٢﴾

কান্নদবা (লাইশিং)দা থাজবা অমসুং অল্লাহবু থাজদবা— মখোইদো মাঙজরবশিংনি।

وَيَسْتَعْجِلُوْنَكَ بِالْعَذَابِ ۭ وَلَوْلَآ اَجَلٌ مُّسَمًّى لَّجَآءَهُمُ الْعَذَابُ ۭ وَلَيَاْتِيَنَّهُمْ بَغْتَةً وَّهُمْ لَا يَشْعُرُوْنَ ﴿٥٣﴾

৫৪। মখোইনা হায়জরি নংঙোন্দা থুজনহন্নবগী রায়েল-চৈরাকদু; অমসুং অকক্লবা মতম অমা লৈরমদ্রবদি, রায়েল-চৈরাকদু (শোয়দনমক) লাকলমগনি মখোইগী মথক্তা। অদুম ওইনমক মদু তশেংবমক লাক্কনি মখোইদা ইখঙ-খঙহৌদনা

يَسْتَعْجِلُوْنَكَ بِالْعَذَابِ ۭ وَاِنَّ جَهَنَّمَ لَمُحِيْطَةٌ ۢ بِالْكٰفِرِيْنَ ﴿٥٤﴾

৫৫। মখোইনা (অমুকসু) হায়জরি নংঙোন্দা থুজনহন্নবগী রায়েল-চৈরাকদু; তৌইগুম্বসুং ‘জহন্নম’ নরকনা (হান্ননা) পুংকোয়-কোয়শিন-বিগনি লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু,

يَوْمَ يَغْشٰىهُمُ الْعَذَابُ مِنْ فَوْقِهِمْ وَمِنْ تَحْتِ اَرْجُلِهِمْ وَيَقُوْلُ ذُوْقُوْا مَا كُنْتُمْ تَعْمَلُوْنَ ﴿٥٥﴾

৫৬। (লেপথিবা) নুমিৎ অদুদা রায়েল-চৈরাকনা লাকথুবিগনি মখোইবু মখোইগী মথক্তগী অমসুং মখোইগী মখোঙ মখাদগী (কোয়য়োম-য়োমশন্দুনা), অমসুং অল্লাহনা হায়বিগনি ঃ "তংঙু নখোই মহাউ নখোইগী থবকশিংগী।"

يٰعِبَادِيَ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْٓا اِنَّ اَرْضِيْ وَاسِعَةٌ فَاِيَّايَ فَاعْبُدُوْنِ ﴿٥٦﴾

৫৭। হো ঐগী ইনাহশিং অচুম্বা থাজখ্রবা! তশেংবমক ঐগী পৃথিবীসে পাক-চাওবনি, মরমদুনা খুরুম-খাজংঙু ঐহাক(ত)বু।

كُلُّ نَفْسٍ ذَآئِقَةُ الْمَوْتِ ۫ ثُمَّ اِلَيْنَا تُرْجَعُوْنَ ﴿٥٧﴾

৫৮। থরাই পানবা খুদিং তংগনি মহাউ অশিবগী; অদুগী তুংদা ঐখোইদা নখোই হল্লক্কনি।

وَالَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ لَنُبَوِّئَنَّهُمْ مِّنَ الْجَنَّةِ غُرَفًا تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ خٰلِدِيْنَ فِيْهَا ۭ نِعْمَ اَجْرُ الْعٰمِلِيْنَ ﴿٥٨﴾

৫৯। অদুগা অচুম্বা থাজবা অমসুং লম্বীনবা অফবা থবকশিং— মখোইদো ঐখোইনা শোয়দনমক পীবিগনি লৈফম অরাং-অরাংবা মহলশিংদা স্বর্গ লৈকোনগী, মদুগী মখাদা তুরেলশিং ঈচেল্লি। মখোই লৈগনি মদুগী মনুংদা। কয়াদা নিংথীজখ্রবা মনা-মথিননো (অফবা) লম্বীনবশিংগী!

الَّذِيْنَ صَبَرُوْا وَعَلٰى رَبِّهِمْ يَتَوَكَّلُوْنَ ﴿٥٩﴾

৬০। মখোইদু অখাংকল্লি অমসুং আশা তৌজে মখোইগী মপুদা।

وَكَاَيِّنْ مِّنْ دَآبَّةٍ لَّا تَحْمِلُ رِزْقَهَا ۖ اللّٰهُ يَرْزُقُهَا

৬১। অদুগা জীব কয়া য়াম্না লৈখ্রবা

(মালেমথক্তা) কনাসু পুদুনা চত্তে মাগী-মাগী চিঞ্জাক ! অল্লাহনা হুল্লি (মচিঞ্জাক) মখোইবু অমসুং নখোইবুসু। অদুগা মহাক্তি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

وَإِيَّاكُمْ ۚ وَهُوَ السَّمِيعُ الْعَلِيمُ ﴿٦٠﴾

৬২। অদুগা নংনা করিগুম্বা হংলবদি মখোইদা ঃ "কনানা শেম-শাখিবগে স্বর্গ অমসুং পৃথিবী অমসুং থবক তৌহনখিবগে নুমিৎ অমসুং থাবু ?" মখোইনা শোয়দনমক হায়গনি ঃ "অল্লাহনা।" অদু ওইরবদি, করি মরমদগী মখোই মমায় ওৎথোক-খিবগে (অচুম্বদগী) ?

وَلَئِن سَأَلْتَهُم مَّنْ خَلَقَ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضَ وَسَخَّرَ الشَّمْسَ وَالْقَمَرَ لَيَقُولُنَّ اللَّهُ ۖ فَأَنَّىٰ يُؤْفَكُونَ ﴿٦١﴾

৬৩। অল্লাহনা মরাং কায়হল্লি চিঞ্জাক মহাকনা চানবিবা মনাইশিংগী অমসুং রাংহল্লি (মদু মহাকনা মতিক চাবনি খনবা) মহাক্কী। তশেংবমক অল্লাহদি পুংখঙ-খঙবনি পোৎ পুম্নমক।

اللَّهُ يَبْسُطُ الرِّزْقَ لِمَن يَشَاءُ مِنْ عِبَادِهِ وَيَقْدِرُ لَهُ ۚ إِنَّ اللَّهَ بِكُلِّ شَيْءٍ عَلِيمٌ ﴿٦٢﴾

৬৪। অদুগা নংনা হংলবদি মখোইদা ঃ "কনানা নোং-ঈশিং তাহনবগে কোরৌ নোংমদোলদগী অমসুং মদুগা লোয়ননা হিংগৎহনবগে পৃথিবীবু মানা শিরুরবা মতুংদা ?" মখোইনা শোয়দনমক হায়গনি ঃ "অল্লাহনা (তৌই মদু)।" হায়যু ঃ "থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহবুনি।" তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা খঙদে।

وَلَئِن سَأَلْتَهُم مَّن نَّزَّلَ مِنَ السَّمَاءِ مَاءً فَأَحْيَا بِهِ الْأَرْضَ مِن بَعْدِ مَوْتِهَا لَيَقُولُنَّ اللَّهُ ۚ قُلِ الْحَمْدُ لِلَّهِ ۚ بَلْ أَكْثَرُهُمْ لَا يَعْقِلُونَ ﴿٦٣﴾

৭ শুবা রুকূ

৬৫। অদুগা তাইবঙ পুন্সিসে করিসু নত্তে শান্নবনি অমসুং হরাও—কুম্মেনি ; তৌইগুম্বসুং শিরবা মতুংগী যুমদু তশেংবমক (লোম্বা নাইরোইদবা) পুন্সি (গী মফম) নি, মখোইনা করিগুম্বা খঙলমলবদি !

وَمَا هَٰذِهِ الْحَيَاةُ الدُّنْيَا إِلَّا لَهْوٌ وَلَعِبٌ ۚ وَإِنَّ الدَّارَ الْآخِرَةَ لَهِيَ الْحَيَوَانُ ۚ لَوْ كَانُوا يَعْلَمُونَ ﴿٦٤﴾

৬৬। মরম অদুনা মখোইনা জাহাজ তোংবা মতমদা (অমসুং উরবদা সমুদ্রগী খুদোংথীবা), মখোইনা কৌজে অল্লাহবু, পুকচেল শেংনা হায়বা ইন্দনা মঙোন্দা। তৌইগুম্বসুং মহাকনা পুথৎ-পিরবা মতমদা মখোইবু খুদোংথীবা লৈতনা কংফান্দা, মখোইনা থৈজিল্লি মশরুক য়াম্মিন্নবশিং (মঙোন্দা)।

فَإِذَا رَكِبُوا فِي الْفُلْكِ دَعَوُا اللَّهَ مُخْلِصِينَ لَهُ الدِّينَ فَلَمَّا نَجَّاهُمْ إِلَى الْبَرِّ إِذَا هُمْ يُشْرِكُونَ ﴿٦٥﴾

লِيَكْفُرُوا بِمَا آتَيْنَاهُمْ وَلِيَتَمَتَّعُوا ۚ فَسَوْفَ يَعْلَمُونَ ⁶⁶

৬৭। অদুনা মখোইনা তৌবিমল খঙবা উত্তে ঐখোইনা পীখিবা অদুগী মখোইদা অমসুং মখোইনা পামই (তরানিদগী থোক্লবা) পেন্না-নুংঙাইহৌবা। তৌগুম্বসুং মখোই থুনা খঙলক্কনি (মখোইনা চৎখিবা শাজৎকী মহৈ)।

أَوَلَمْ يَرَوْا أَنَّا جَعَلْنَا حَرَمًا آمِنًا وَيُتَخَطَّفُ النَّاسُ مِنْ حَوْلِهِمْ ۚ أَفَبِالْبَاطِلِ يُؤْمِنُونَ وَبِنِعْمَةِ اللَّهِ يَكْفُرُونَ

৬৮। মখোইনা উদব্রা ঐখোইনা শেম্মিখ্রে (মক্কহগী) অশেংবা তীর্থ মফমবু খুদোংথীবা লৈতবা (ওইনা মখোইগীদমক), অদুবু মতম-দুমক্তদা মীশিংবু অকনবনা ফালোকপিরি মখোইগী অকোয়বদগী ? মখোইবু, মওং মতাদুদা, থাজগদৌরিব্রা অরানবা (লাইশিংদা) অমসুং য়ারোইদৌরিব্রা অল্লাহগী (মপান নাইদবা) থৌজালদা ?

وَمَنْ أَظْلَمُ مِمَّنِ افْتَرَىٰ عَلَى اللَّهِ كَذِبًا أَوْ كَذَّبَ بِالْحَقِّ لَمَّا جَاءَهُ ۚ أَلَيْسَ فِي جَهَنَّمَ مَثْوًى لِلْكَافِرِينَ

৬৯। অদুগা কনানো মঙোন্দগী হেন্না চুমদবা মহাকনা শাজিন-শাজিন্দুনা হায় মীনম্বা অল্লাহগী মরমদা নত্ত্রগা য়াদে অচুম্বদু লাকখ্রবা মতমদা মঙোন্দা ? লৈতব্রা লৈফম অমা যম লৈবাক্তা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগীদমক্তা ?

وَالَّذِينَ جَاهَدُوا فِينَا لَنَهْدِيَنَّهُمْ سُبُلَنَا ۚ وَإِنَّ اللَّهَ لَمَعَ الْمُحْسِنِينَ

৭০। অদুগা ঐখোইগী লম্বীদা হোৎনবা কনবশিংদু, ঐখোইনা শোয়দনমক লমজিংবিগনি মখোইবু ঐখোইগী লম্বীশিংদা। অদুগা অল্লাহনা তশেংবমক লোয়নবি (অতোপ্পদা) অফবা খানবশিংগা।

# سُوۡرَةُ الرُّوۡمِ مَكِّيَّةٌ

অল- রুম সূরহ ৩০

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৬১ নি)

بِسۡمِ اللّٰهِ الرَّحۡمٰنِ الرَّحِيۡمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

الٓمّٓ ②

২। ঐ অল্লাহনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি (অনল্লাহু অ'অলমু)।

غُلِبَتِ الرُّوۡمُ ③

৩। রোমানশিংবু মায়থীবা পীখ্রে,

فِىۡۤ اَدۡنَى الۡاَرۡضِ وَهُمۡ مِّنۡۢ بَعۡدِ غَلَبِهِمۡ سَيَغۡلِبُوۡنَ ④

৪। অনকপা লমদা, তৌইগুম্বসুং মখোই, মায়থীবা ফংখ্রবা মতুংদা, অমুকহন্না লাল ঙমগনি—

فِىۡ بِضۡعِ سِنِيۡنَ ؕ لِلّٰهِ الۡاَمۡرُ مِنۡ قَبۡلُ وَمِنۡۢ بَعۡدُ ؕ وَيَوۡمَئِذٍ يَّفۡرَحُ الۡمُؤۡمِنُوۡنَ ⑤

৫। চহি খরগী মনুংদা। অল্লাহগী হুকুমনি মমাংদা (মায়থীবা ফংখিবা) অমসুং মতুংদা (মমায় পাক্কদৌরিব)সু। অদুগা নুমিৎ অদুদা অচুম্বা থাজবশিং হরাওগনি (অমসুং নুংঙাইগনি),

بِنَصۡرِ اللّٰهِ ؕ يَنۡصُرُ مَنۡ يَّشَآءُ ؕ وَهُوَ الۡعَزِيۡزُ الرَّحِيۡمُ ⑥

৬। অল্লাহগী মতেংনা। মহাকনা তেংবাংবি মহাকনা পাম্বা (মতিক চাবশিং)বু। অদুগা মহাক্তি পাঙ্গলবনি নুংশিহৈবনি।

وَعۡدَ اللّٰهِ ؕ لَا يُخۡلِفُ اللّٰهُ وَعۡدَهٗ وَلٰـكِنَّ اَكۡثَرَ النَّاسِ لَا يَعۡلَمُوۡنَ ⑦

৭। (মসি) অল্লাহগী ৱাশকনি। অল্লাহনা থুগায়বিদে মহাক্কী ৱাশক, তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা খঙদে।

يَعۡلَمُوۡنَ ظَاهِرًا مِّنَ الۡحَيٰوةِ الدُّنۡيَا ۖۚ وَهُمۡ عَنِ الۡاٰخِرَةِ هُمۡ غٰفِلُوۡنَ ⑧

৮। (লমহৈ-খোঙফম্বাবশিং) মখোইনা খঙই মপানগী ওইবা থৌরম মতৌ-মওংতা তাইবঙ পুন্সিগী; তৌইগুম্বসুং শিরবা মতুংগী মরমদা মখোই করিস্ পুকনিং চঙদে।

اَوَلَمۡ يَتَفَكَّرُوۡا فِىۡۤ اَنۡفُسِهِمۡ ؕ مَا خَلَقَ اللّٰهُ السَّمٰوٰتِ وَالۡاَرۡضَ وَمَا بَيۡنَهُمَاۤ اِلَّا بِالۡحَقِّ وَاَجَلٍ مُّسَمًّى ؕ وَاِنَّ كَثِيۡرًا مِّنَ النَّاسِ بِلِقَآئِ رَبِّهِمۡ لَكٰفِرُوۡنَ ⑨

৯। মখোইনা ৱাখল ইতৌ-তৌদবা মখোইগী মপুকনিংশিংদা মদুদি অল্লাহনা শেমখিদে স্বর্গ অমসুং পৃথিবী অমসুং অনিগী মরক্তা লৈবা পুম্নমকবু নত্তনা অচুম্বা মরমগী অমসুং অকক্নবা মতম অমগীদমক? তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা থাজদে উনগনি হায়বদা মখোইগী মপুগা।

১০। মখোই পৃথিবী কোয়দব্রা অমসুং উব্রা মখোইগী মমাংদা লৈরম্বা (মীরোন) শিংগী পোল্লোই করি ওইখিবা ? মখোইনা হেনখি মপাঙ্গল মখোইসিদগী; অমসুং মখোইনা লৌ খোইখি অমসুং খুন্দা লৈতাখি মদুদা হেন্না (ফগৎনা) মখোইসিনা খুন্দা লৈতাখিবদগী। অদুগা মখোইগী ধর্ম্ম পাওতাকপশিং লাকখি মখোইদা তশেং-তশেংবা দলিলশিংগা লোয়ননা। মরমদুনা অল্লাহনা তৌরিখিদে অরানবা মখোইদা, তৌইগুম্বসুং মখোই মশানা তৌজখিবনি অরানবা মখোইগী মথরাইশিংদা।

أَوَلَمْ يَسِيرُوا فِي الْأَرْضِ فَيَنظُرُوا كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الَّذِينَ مِن قَبْلِهِمْ ۚ كَانُوا أَشَدَّ مِنْهُمْ قُوَّةً وَأَثَارُوا الْأَرْضَ وَعَمَرُوهَا أَكْثَرَ مِمَّا عَمَرُوهَا وَجَاءَتْهُمْ رُسُلُهُم بِالْبَيِّنَاتِ ۖ فَمَا كَانَ اللَّهُ لِيَظْلِمَهُمْ وَلَٰكِن كَانُوا أَنفُسَهُمْ يَظْلِمُونَ ﴿١٠﴾

১১। মসিগী মতুংদা ফত্তরম লম্বীনখিবা মখোইগী পোল্লোইদি ফত্তবা ওইখি, মরমদি মখোইনা য়াখিদে অল্লাহগী পাওজেলশিং অমসুং করেম্নখি মখোইবু।

ثُمَّ كَانَ عَاقِبَةَ الَّذِينَ أَسَاءُوا السُّوأَىٰ أَن كَذَّبُوا بِآيَاتِ اللَّهِ وَكَانُوا بِهَا يَسْتَهْزِئُونَ ﴿١١﴾

## ২ শুবা রুকূ

১২। অল্লাহনা পুথোকপিখি জীবশিংবু, অদুগী তুংদা মহাকনা হন্না-হন্না থোকহল্লি মদু; অদুগী তুংদা মঙোন্দা নখোই হনজনহনবিগনি।

اللَّهُ يَبْدَأُ الْخَلْقَ ثُمَّ يُعِيدُهُ ثُمَّ إِلَيْهِ تُرْجَعُونَ ﴿١٢﴾

১৩। অদুগা (লেপখিবা) নুমিৎ অদুদা (রায়েল-বিচারগী) পুংজাদু লাকলবদা মরাল লৈরবশিং আশা খাউদেক্কুরগনি।

وَيَوْمَ تَقُومُ السَّاعَةُ يُبْلِسُ الْمُجْرِمُونَ ﴿١٣﴾

১৪। অদুগা মখোইগী লৈরোই কনামতা অফবা হায়বিনবা মখোইনা অল্লাহগা শরুক য়ামিন্ন-বশিংনি হায়জিনখিবা মখোইদুগী মরক্তুগী; অমসুং মখোইনা য়ারোই (অল্লাহগী) মশরুক য়ামিন্নবা লৈ হায়জিনবা মখোইদুবু।

وَلَمْ يَكُن لَّهُم مِّن شُرَكَائِهِمْ شُفَعَاءُ وَكَانُوا بِشُرَكَائِهِمْ كَافِرِينَ ﴿١٤﴾

১৫। অদুগা নুমিৎ অদুদা (থাঙ্গৈশেংবা) পুংফমদু লাকলবদা—নুমিৎ অদুমক্তদা মখোই তোখায় খায়দোক্লগনি (অমনা অমদগী)।

وَيَوْمَ تَقُومُ السَّاعَةُ يَوْمَئِذٍ يَتَفَرَّقُونَ ﴿١٥﴾

১৬। মরমদুনা অচুম্বা থাজখিবা অমসং অফবা থবকশিং তৌখিবা—মখোইদু ইজ্জৎ তৌবিগনি অমসুং নুংঙাইহনগিনি হৈকোন-লৈকোন্দা;

فَأَمَّا الَّذِينَ آمَنُوا وَعَمِلُوا الصَّالِحَاتِ فَهُمْ فِي رَوْضَةٍ يُحْبَرُونَ ﴿١٦﴾

১৭। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইদুনা অচুম্বা থাজখিদবা অমসুং য়াখিদবা ঐখোইগী পাওজেলশিংবু অমসুং আখেরত উনগনি। হায়বা, মখোইসি পীবিগনি রায়েল-চৈরাক।

وَاَمَّا الَّذِيْنَ كَفَرُوْا وَكَذَّبُوْا بِاٰيٰتِنَا وَلِقَآئِ الْاٰخِرَةِ فَاُولٰٓئِكَ فِى الْعَذَابِ مُحْضَرُوْنَ ﴿١٦﴾

১৮। মরমদুনা তরাম-তরাম্না থাগৎলু অল্লাহবু নখোইনা চংলকপদা য়াচংবা অমসুং নখোইনা চংলকপদা অয়ুক-

فَسُبْحٰنَ اللّٰهِ حِيْنَ تُمْسُوْنَ وَحِيْنَ تُصْبِحُوْنَ ﴿١٧﴾

১৯। অমসুং মহাক্কবুনি থাগৎলিবা পুম্নমক স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদা—অমসুং (তরাম্না থাগৎলু মহাকপু নুমিৎ চায়নদা অমসুং নুমিৎ তারনদাই মতমদা।

وَلَهُ الْحَمْدُ فِى السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ وَعَشِيًّا وَّحِيْنَ تُظْهِرُوْنَ ﴿١٨﴾

২০। মহাকনা পুথোকই অহিংবা অশিবদগী অমসুং পুথোকই অশিবা অহিংবদগী; অমসুং মহাকনা হিংগৎহল্লি পৃথিবীবু মানা শিরমলবা মতুংদা। অদুগা অসুম্না নখোইবু পুথোকপিগনি।

يُخْرِجُ الْحَىَّ مِنَ الْمَيِّتِ وَيُخْرِجُ الْمَيِّتَ مِنَ الْحَىِّ وَيُحْىِ الْاَرْضَ بَعْدَ مَوْتِهَا ۗ وَكَذٰلِكَ تُخْرَجُوْنَ ﴿١٩﴾ ع

৩ শুবা রুকূ

২১। অদুগা মহাক্কী খুদমশিংগী মরক্তা (অমদি) অসিনি মহাকনা শেম-শানিখি নখোইবু উকুল-দগী; অদুগী তুংদা (য়েংঙু!) নখোই তাইনও মী ওইদুনা শন্দোকনি (মালেম শীন-থুংনা)।

وَمِنْ اٰيٰتِهٖٓ اَنْ خَلَقَكُمْ مِّنْ تُرَابٍ ثُمَّ اِذَآ اَنْتُمْ بَشَرٌ تَنْتَشِرُوْنَ ﴿٢٠﴾

২২। অদুগা মহাক্কী খুদমশিংগী মরক্তা (অতোপ্পা অমনা) অসিনি: মহাকনা শেম্বিখি নতালোইশিং নখোইগীদমক্তা নখোইগী মরক্তগী অদুনা নখোইনা (মখোইগা মরূপ লেংতিন্নদুনা) ফংজনবা পুকনিংগী অঙৈংবা মখোইদা, অমসুং মহাকনা থম্বিখি অপাম্বা অমসুং নুংশিচাওবা নখোইগী মরক্তা। মসিদা তশেংবমক লৈরে খুদমশিং ধ্যান তৌবা মীশিংগীদমক।

وَمِنْ اٰيٰتِهٖٓ اَنْ خَلَقَ لَكُمْ مِّنْ اَنْفُسِكُمْ اَزْوَاجًا لِّتَسْكُنُوْٓا اِلَيْهَا وَجَعَلَ بَيْنَكُمْ مَّوَدَّةً وَّرَحْمَةً ۗ اِنَّ فِىْ ذٰلِكَ لَاٰيٰتٍ لِّقَوْمٍ يَّتَفَكَّرُوْنَ ﴿٢١﴾

২৩। অদুগা মহাক্কী খুদমশিংগী মরক্তা স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী খুৎশেম, অমসুং নখোইগী লোলশিং অমসুং কুচু-কুমেনশিং মান্নদবা

وَمِنْ اٰيٰتِهٖ خَلْقُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ وَاخْتِلَافُ

ٱلْسِنَتِكُمْ وَأَلْوَٰنِكُمْ ۚ إِنَّ فِى ذَٰلِكَ لَءَايَٰتٍ لِّلْعَٰلِمِينَ ﴿٢٢﴾

(অসিস্‌)নি। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদমশিং জ্ঞান চৈরোইনবা মীশিংগীদমক।

وَمِنْ ءَايَٰتِهِۦ مَنَامُكُم بِٱلَّيْلِ وَٱلنَّهَارِ وَٱبْتِغَآؤُكُم مِّن فَضْلِهِۦٓ ۚ إِنَّ فِى ذَٰلِكَ لَءَايَٰتٍ لِّقَوْمٍ يَسْمَعُونَ ﴿٢٣﴾

২৪। অদুগা মহাক্কী খুদমশিংগী মরক্তা নখোইনা তুম্ব (গী য়াহিপ তানব)নি অহিং অমসুং নুংথিলদা, অমসুং নখোইনা কোয়না থিবনি মহাক্কী থৌজাল। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদমশিং (মনাকোংনা) তাবশিংগীদমক।

وَمِنْ ءَايَٰتِهِۦ يُرِيكُمُ ٱلْبَرْقَ خَوْفًا وَطَمَعًا وَيُنَزِّلُ مِنَ ٱلسَّمَآءِ مَآءً فَيُحْىِۦ بِهِ ٱلْأَرْضَ بَعْدَ مَوْتِهَآ ۚ إِنَّ فِى ذَٰلِكَ لَءَايَٰتٍ لِّقَوْمٍ يَعْقِلُونَ ﴿٢٤﴾

২৫। অদুগা মহাক্কী খুদমশিংগী মরক্তা মহাকনা উহল্লি নখোইবু যুগনি নোংথাং (হৌফম ওইনা) অকিবগী (নোং খোংবা অমসুং খাকপদা) অমসুং আশা তৌনবগী, অমসুং মহাকনা তাহল্লি নোং-ঈশিং কোরৌ নোংমদোলদগী, অমসুং হিংগৎহল্লি মদুগা লোয়ননা পৃথিবীবু মানা শিরমলবা মতুংদা। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদমশিং অখঙবা মীশিংগীদমক।

وَمِنْ ءَايَٰتِهِۦٓ أَن تَقُومَ ٱلسَّمَآءُ وَٱلْأَرْضُ بِأَمْرِهِۦ ۚ ثُمَّ إِذَا دَعَاكُمْ دَعْوَةً مِّنَ ٱلْأَرْضِ إِذَآ أَنتُمْ تَخْرُجُونَ ﴿٢٥﴾

২৬। অদুগা মহাক্কী খুদমশিংগী মরক্তা স্বর্গ অমসুং পৃথিবী লৈ (খুবম চেৎনা) মহাক্কী ময়াথংনা। মসিগী মতুংদা মহাকনা কৌরকপদা নখোইবু খোল্লাউ অমনা (থোরকও হায়না) পৃথিবীদগী, (য়েংউ!) নখোই থোরক্কনি।

وَلَهُۥ مَن فِى ٱلسَّمَٰوَٰتِ وَٱلْأَرْضِ ۖ كُلٌّ لَّهُۥ قَٰنِتُونَ ﴿٢٦﴾

২৭। অদুগা স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদা লৈবা (মখোই)দু মহাক্কীনি। পুম্নমক মহাক্কী ময়াথং ইনবনি।

وَهُوَ ٱلَّذِى يَبْدَؤُا۟ ٱلْخَلْقَ ثُمَّ يُعِيدُهُۥ وَهُوَ أَهْوَنُ عَلَيْهِ ۚ وَلَهُ ٱلْمَثَلُ ٱلْأَعْلَىٰ فِى ٱلسَّمَٰوَٰتِ وَٱلْأَرْضِ ۚ وَهُوَ ٱلْعَزِيزُ ٱلْحَكِيمُ ﴿٢٧﴾

২৮। অদুগা মহাকননি (অহানবদা) পুথোকখিবা জীবশিংবু, অদুগী তুংদা হন্না-হন্না থোকহল্লি মদু, অমসুং মসি তরায়বনি মঙোন্দা। মহাক্কীনি খ্বাইদগী হেন্না রাংবা ফম স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদা, অমসুং মহাক্তি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

৪ শুবা রুকূ

ضَرَبَ لَكُم مَّثَلًا مِّنْ أَنفُسِكُمْ ۖ هَل لَّكُم مِّن مَّا

২৯। মহাকনা উৎপিরি নখোইগীদমক্তা মান্নবা মতৌ অমা নখোইমক্কী মরমদা। নখোইগী লৈব্রা,

مَلَكَتْ أَيْمَانُكُم مِّن شُرَكَاءَ فِي مَا رَزَقْنَاكُمْ فَأَنتُمْ فِيهِ سَوَاءٌ تَخَافُونَهُمْ كَخِيفَتِكُمْ أَنفُسَكُمْ ۚ كَذَٰلِكَ نُفَصِّلُ الْآيَاتِ لِقَوْمٍ يَعْقِلُونَ ﴿٢٩﴾

মরক্তা নখোইগী নখুৎ য়েৎথংবশিংনা দখল তৌরিবা (তয়ুম নাই) শিংগী, শরুক য়ামিন্নবশিং ঐখোইনা পীখিবা (লন-থুম)দা নখোইনা, অদুনা নখোই ওইরক্লবা মান্নবা শরুক (য়ামিন্নবশিং) মদুগী (মখোইগা লোয়ননা), নত্তগা নখোইনা কিব্রা মখোইবু নখোইনা কিবগুম অমনা অমবু ? অসুম্না ঐখোইনা শুগায়না তাকথোকপি (ঐখোইগী) পাওজেনশিং মুন্না খঙবা মীশিংগীদমক।

بَلِ اتَّبَعَ الَّذِينَ ظَلَمُوا أَهْوَاءَهُم بِغَيْرِ عِلْمٍ ۖ فَمَن يَهْدِي مَنْ أَضَلَّ اللَّهُ ۖ وَمَا لَهُم مِّن نَّاصِرِينَ ﴿٣٠﴾

৩০। নত্তে, অরানবা লম্বীনবশিংনা তুং-ইন্নি মখোইগী অতোনবা অপাম্বশিংগী জ্ঞান করিসু লৈতনা। মরমদুনা কনানা ঙমগনি লমজিংবা মহাকপু অল্লাহনা লৈহনবিব্রবদা লম্বী শেরান্ননা ? লৈররোই কনামতা তেংবাংবিনবা মখোইগীদমক।

فَأَقِمْ وَجْهَكَ لِلدِّينِ حَنِيفًا ۚ فِطْرَتَ اللَّهِ الَّتِي فَطَرَ النَّاسَ عَلَيْهَا ۚ لَا تَبْدِيلَ لِخَلْقِ اللَّهِ ۚ ذَٰلِكَ الدِّينُ الْقَيِّمُ وَلَٰكِنَّ أَكْثَرَ النَّاسِ لَا يَعْلَمُونَ ﴿٣١﴾

৩১। মরমদুনা নং ওনশল্লু নমায় (থীগল চঙবগী) ধর্ম্মদা থরাই লুপ্পবা অমা ওইনা (অল্লাহদা)। তুং-ইল্লু অল্লাহনা শেমখিবা নেচরদু—নেচর অদুগা (চাননা) মহাকনা শেম-শাখিবনি তাইবঙ মীবু। অহোংবা করিসু লৈতে অল্লাহনা (মী) শেম-শাব(গী নিয়ম) দা। মসি অচুম্বা ধর্ম্মনি : তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা খঙদে (রারম মতৌ অসিবু)।

مُنِيبِينَ إِلَيْهِ وَاتَّقُوهُ وَأَقِيمُوا الصَّلَاةَ وَلَا تَكُونُوا مِنَ الْمُشْرِكِينَ ﴿٣٢﴾

৩২। মরমদুনা (নপুকচেন হোংদুনা) ওনশল্লু মঙোন্দা অমসুং কিয়ু মহাকপু, অমসুং (চাং নাইনা) নমাজ তৌ অমসুং ওইগনু (অমা) শরুক-য়ামিন্নবশিং (অল্লাহগী) লৈ হায়জিনবশিংগী,

مِنَ الَّذِينَ فَرَّقُوا دِينَهُمْ وَكَانُوا شِيَعًا ۖ كُلُّ حِزْبٍ بِمَا لَدَيْهِمْ فَرِحُونَ ﴿٣٣﴾

৩৩। মখোইদুগী মখোইনা কায়হল্লি মখোইগী ধর্ম্ম অমসুং কাঙলুপ-কাঙলুপ খায়দোকই : কাঙলুপ খুদিংনা হরাওজে মাগী-মাগী রারম মতৌশিংদা। (কেরিনা হায়ববু মী খুদিং মাগী-মাগী মপোৎ ফৈ হায়বসি মঙাই)।

وَإِذَا مَسَّ النَّاسَ ضُرٌّ دَعَوْا رَبَّهُم مُّنِيبِينَ إِلَيْهِ ثُمَّ إِذَا أَذَاقَهُم مِّنْهُ رَحْمَةً إِذَا فَرِيقٌ مِّنْهُم بِرَبِّهِمْ

৩৪। অদুগা অরা-অনানা লাঙ্গোয় চল্লবনা মীশিংবু, মখোইনা কৌজে মখোইগী মপুবু, মপুকচেন হোংদুনা মঙোন্দা : মতমদুদা, মহাকনা

يُشْرِكُونَ ۝٣٣

মহাউ তংহনবিরবদা মখোইবু মহাক্কী থৌজালগী. য়েংউ! মখোইগী মরক্তগী খুৎপু অমনা থৌজিনবা হৌই মশক্রক য়াম্নিনবশিং মখোইগী মপুদা.

لِيَكْفُرُوا بِمَا آتَيْنَاهُمْ ۚ فَتَمَتَّعُوا فَسَوْفَ تَعْلَمُونَ ۝٣٤

৩৫। অদুনা মখোইনা উত্তে তৌবিমল খঙবা ঐখোইনা পীখিবা (থৌজাল) অদুগী মখোইদা। মরমদুনা (অসিগুম্বা মীওইশিংনা অসি হায়বি ঃ) "নখোই পেম্না নুংঙাইজহৌ (মতম খরদং), তৌই গুম্বসুং নখোই থুনা খঙলক্কনি (অতাবি কল)।

أَمْ أَنزَلْنَا عَلَيْهِمْ سُلْطَانًا فَهُوَ يَتَكَلَّمُ بِمَا كَانُوا بِهِ يُشْرِكُونَ ۝٣٥

৩৬। ঐখোইনা থাখিব্রা মখোইদা করিগুম্বা দলিল অমতা মদুনা ভাকপা মখোইনা শরুক য়ামিন্নবশিং লৈ হায়জিনবগী (মহাকপু) ?

وَإِذَا أَذَقْنَا النَّاسَ رَحْمَةً فَرِحُوا بِهَا ۖ وَإِن تُصِبْهُمْ سَيِّئَةٌ بِمَا قَدَّمَتْ أَيْدِيهِمْ إِذَا هُمْ يَقْنَطُونَ ۝٣٦

৩৭। অদুগা ঐখোইনা মহাউ তংহনবদা মীওইশিংবু ঐখোইগী থৌজালগী (মখোইনা পীনবিদুনা), মখোইনা হরাওজে মদুগী ; তৌই গুম্বসুং করিগুম্বা ফত্তবা অমা হেক থোকলবদি মখোইদা মখোইগী মখুৎশিংনা থাজখিবগী মরম্দা, (য়েংউ!) মখোই আশা মাঙই।

أَوَلَمْ يَرَوْا أَنَّ اللَّهَ يَبْسُطُ الرِّزْقَ لِمَن يَشَاءُ وَيَقْدِرُ ۚ إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَاتٍ لِّقَوْمٍ يُؤْمِنُونَ ۝٣٧

৩৮। মখোইবু উদব্রা অল্লাহনা হেনগৎহল্লি চিঞ্জাক মহাকনা চানবিবা (মতিকচাব)শিংদা অমসুং রাৎহল্লি মদু (মহাকনা রাৎহন্নীংবা কনাগুম্বগী)? তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদমশিং অচুম্বা থাজবা মীশিংগীদমক।

فَآتِ ذَا الْقُرْبَىٰ حَقَّهُ وَالْمِسْكِينَ وَابْنَ السَّبِيلِ ۚ ذَٰلِكَ خَيْرٌ لِّلَّذِينَ يُرِيدُونَ وَجْهَ اللَّهِ ۖ وَأُولَٰئِكَ هُمُ الْمُفْلِحُونَ ۝٣٨

৩৯। মরমদুনা পীয়ু (নংগী) মরী-মত্তা থোকপা মীদা মহাক্কী হক ফংফম থোকপা, অমসুং লৈত-লাইরবশিংদসু, অমসুং লংফে চৎপশিংদসু। মসি অফবনি অদুগুম্বা মীওইশিংদুগী মখোইনা থিজে অল্লাহগী থৌজাল, অমসুং মখোইসি মমায় পাক্কদৌবশিংনি।

وَمَا آتَيْتُم مِّن رِّبًا لِّيَرْبُوَ فِي أَمْوَالِ النَّاسِ فَلَا يَرْبُو عِندَ اللَّهِ ۖ وَمَا آتَيْتُم مِّن زَكَاةٍ تُرِيدُونَ

৪০। অদুগা নখোইনা শেংথোই লৌদুনা শেল পুথোকপা-পুম্বা মদুনা হেনগৎহনবা য়াই মীগী লন-থুম, মদু করিসু হেনগৎনিঙঙাই ওইদে অল্লাহগী মনাক্তা ; তৌইগুম্বসুং নখোইনা জকাত

وَجْهَ اللّٰهِ فَأُولٰٓئِكَ هُمُ الْمُضْعِفُوْنَ ۝

পীবমখৈদি অল্লাহগী থৌজাল ফংনীংদুনা—মখোইসি (মরন-মথুম) শরুক য়াম্না হেনগৎনিঙঙাইনি।

اَللّٰهُ الَّذِىْ خَلَقَكُمْ ثُمَّ رَزَقَكُمْ ثُمَّ يُمِيْتُكُمْ ثُمَّ يُحْيِيْكُمْ هَلْ مِنْ شُرَكَآئِكُمْ مَّنْ يَّفْعَلُ مِنْ ذٰلِكُمْ مِّنْ شَىْءٍ سُبْحٰنَهٗ وَتَعٰلٰى عَمَّا يُشْرِكُوْنَ ۝

৪১। অদুগা অল্লাহ মহাকননি শেম-শাবিখিবা নখোইবু, অদুগী তুংদা নচিঞ্জাক পীবিখি নখোইবু, অদুগী তুংদা শিহনবিগনি নখোইবু। নখোইগী তিন্নবা-লাইশিং কনাগুম্বনা তৌবা ঙম্বা থবক-শিংসি? মহাক্তি য়াম্না শেংখ্রে অমসুং থাক রাংনা লৈখ্রে মখোইনা থৈজিল্লিবা অদুদগী (মঙোন্দা)।

৫ শুবা রুকূ

ظَهَرَ الْفَسَادُ فِى الْبَرِّ وَالْبَحْرِ بِمَا كَسَبَتْ اَيْدِى النَّاسِ لِيُذِيْقَهُمْ بَعْضَ الَّذِىْ عَمِلُوْا لَعَلَّهُمْ يَرْجِعُوْنَ ۝

৪২। ফত্তবা শন্দোকখ্রে কংফান্দা অমসুং ঈশিংদা মীগী মখুৎশিংনা (অরানবা থবকশিং) তৌবগী মরম্না, অদুনা মহাকনা মহাউ তংহন্নবা মখোইবু মখোইনা তৌখিবা থবক খরগী (মহে), অদুনা মখোই হল্লক্কুবা (ফত্তরম লম্বীনবদগী)।

قُلْ سِيْرُوْا فِى الْاَرْضِ فَانْظُرُوْا كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الَّذِيْنَ مِنْ قَبْلُ كَانَ اَكْثَرُهُمْ مُّشْرِكِيْنَ ۝

৪৩। হায়য়ু (লমথৈ-খোঙফম্নবশিংদা)ঃ "কোয়য়ু পৃথিবী অমসুং য়েংউ করি পোল্লোই থোকখিবা নখোইগী মমাংদা (চাওখৎপগী লম্বীদদা খোঙফম্নরম্বা) মখোইদু! মখোই অয়াম্বা ওইরম্মী লাইয়াম থাজবা মীশিং।

فَاَقِمْ وَجْهَكَ لِلدِّيْنِ الْقَيِّمِ مِنْ قَبْلِ اَنْ يَّاْتِىَ يَوْمٌ لَّا مَرَدَّ لَهٗ مِنَ اللّٰهِ يَوْمَئِذٍ يَّصَّدَّعُوْنَ ۝

৪৪। মরমদুনা নং ওনশল্লু নমায় (থৌগল চঙবগী) অচুম্বা ধর্ম্মদা (মহাপ্রলয়গী) নুমিৎদু লাক্তরিঙৈ মমাংদা অল্লাহদগী মদু থৈদোকপা নত্তুগা থিংবা ইঙম-ঙমলোই। নুমিৎ অদুদা (মীওইবশিং) কাঙলুপ- কাঙলুপ খায়দোক্কনি।

مَنْ كَفَرَ فَعَلَيْهِ كُفْرُهٗ وَمَنْ عَمِلَ صَالِحًا فَلِاَنْفُسِهِمْ يَمْهَدُوْنَ ۝

৪৫। কনাগুম্বনা লমথৈ-খোঙফম্নরবদি মহাকনা পুগনি (মহে) মহাক্কী লমথৈ-খোঙফম্নবগী; অমসুং কনাগুম্বনা লম্বীনরবদি অফবা থবকশিং অসিগুম্বা মীতাশিং শেম-শাবনি (অফবা) মখোই মশামক্কী,

لِيَجْزِىَ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ مِنْ فَضْلِهٖ

৪৬। অদুনা মহাকনা, মহাক্কী থৌজালনা পীবিনবা মনা-মথিন অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা

اِنَّهٗ لَا يُحِبُّ الْكٰفِرِيْنَ ﴿٤٥﴾

থবকশিং তৌবা মখোইদু। তশেংবমক, মহাকনা নুংশিবিদে লমথৈ-খোঙফম্নবশিংবু।

وَمِنْ اٰيٰتِهٖٓ اَنْ يُّرْسِلَ الرِّيَاحَ مُبَشِّرٰتٍ وَّلِيُذِيْقَكُمْ مِّنْ رَّحْمَتِهٖ وَلِتَجْرِيَ الْفُلْكُ بِاَمْرِهٖ وَلِتَبْتَغُوْا مِنْ فَضْلِهٖ وَلَعَلَّكُمْ تَشْكُرُوْنَ ﴿٤٦﴾

৪৭। অদুগা মহাক্কী খুদমশিংগী মরক্তা (অমদি) অসিনিঃ মহাকনা থাই নুংশিৎপু হরাওবা পাও পুবা ওইনা, অদুনা মহাকনা মহাউ তংহন্নবা নখোইবু মহাক্কী থৌজালগী, অমসুং জহাজশিং হোন্নবা মহাক্কী ময়াথংনা, অদুনা নখোইনা থিনবা মহাক্কী থৌজাল অমসুং নখোইনা উৎচনবা তৌবি নল খঙবা।

وَلَقَدْ اَرْسَلْنَا مِنْ قَبْلِكَ رُسُلًا اِلٰى قَوْمِهِمْ فَجَاۤءُوْهُمْ بِالْبَيِّنٰتِ فَانْتَقَمْنَا مِنَ الَّذِيْنَ اَجْرَمُوْا ۗ وَكَانَ حَقًّا عَلَيْنَا نَصْرُ الْمُؤْمِنِيْنَ ﴿٤٧﴾

৪৮। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা থাখি নংগী মমাংদা রসুলশিং মখোইগী মীশিংদা, অমসুং মখোইনা পুরকখি মখোইদা তশেংবা খুদমশিং। অদুনা ঐখোইনা চৈরাক থাবিখি মরাল লৈরবশিংবু। অদুগা ঐখোইগী তৌদবা য়াদবা ইথৌ ওইখি তেংবাংবা অচুম্বা থাজবশিংবু।

اَللّٰهُ الَّذِيْ يُرْسِلُ الرِّيٰحَ فَتُثِيْرُ سَحَابًا فَيَبْسُطُهٗ فِى السَّمَاۤءِ كَيْفَ يَشَاۤءُ وَيَجْعَلُهٗ كِسَفًا فَتَرَى الْوَدْقَ يَخْرُجُ مِنْ خِلٰلِهٖ ۚ فَاِذَآ اَصَابَ بِهٖ مَنْ يَّشَاۤءُ مِنْ عِبَادِهٖٓ اِذَا هُمْ يَسْتَبْشِرُوْنَ ﴿٤٨﴾

৪৯। অল্লাহননি থাবিরিবা নুংশিৎশিংবু অদুনা মখোইনা পুখৎলি নোং, অদুগী তুংদা মহাকনা শন্দোকই মদু অতিয়া মকোয়দা মহাকনা পাম্বগী মতুংইন্না অমসুং থম্মি মদু মরোন-মরোন, অদুনা নখোইনা উই নোং-ঈশিং তারকপা মদুগী মনুংদগী। মহাকনা তাহল্লবা মতমদা মদু মথক্তা মহাকনা চানবিবা মনাইশিংগী, (য়েংউ!) মখোই হরাওজে;

وَاِنْ كَانُوْا مِنْ قَبْلِ اَنْ يُّنَزَّلَ عَلَيْهِمْ مِّنْ قَبْلِهٖ لَمُبْلِسِيْنَ ﴿٤٩﴾

৫০। অদুম ওইনমক মদুগী মমাংদা—মদু থাথদরিঙৈগী মমাংদা মখোইগী মথক্তা মখোই আশা লৈরমদে।

فَانْظُرْ اِلٰٓى اٰثٰرِ رَحْمَتِ اللّٰهِ كَيْفَ يُحْيِ الْاَرْضَ بَعْدَ مَوْتِهَا ۗ اِنَّ ذٰلِكَ لَمُحْيِ الْمَوْتٰى ۚ وَهُوَ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيْرٌ ﴿٥٠﴾

৫১। মরমদুনা, য়েংউ খুদমশিং অল্লাহগী থৌজালগী, মতৌ করম্না মহাকনা হিংগৎহনবা পৃথিবীবু মানা শিরমলবা মতুংদা। থাঙৈশেংবমক, (মদুম্না) মহাকনা হিংগৎহনবিগনি অশিববু; করিনা হায়ববু মহাক্তি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

وَلَئِنْ اَرْسَلْنَا رِيْحًا فَرَاَوْهُ مُصْفَرًّا لَّظَلُّوْا مِنْۢ بَعْدِهٖ يَكْفُرُوْنَ ۝٥١

৫২। অদুগা ঐখোইনা করিগুম্বা থারমলবদি (মৈ পুবা) নুংশিৎ অমা অমসুং মখোইনা উরমলবদি (মখোইগী মহৈ-মরোংশিং) চাকথেক্তুনা) নাপু মচু মাল্লকপা, মখোই শোয়দনমক, মদুগী মতুংদা (মপুকনিং তথরক্তুনা) নিন্দা তৌরমগনি (ঐখোইগী মমাংগী থৌজালশিংবু)।

فَاِنَّكَ لَا تُسْمِعُ الْمَوْتٰى وَلَا تُسْمِعُ الصُّمَّ الدُّعَآءَ اِذَا وَلَّوْا مُدْبِرِيْنَ ۝٥٢

৫৩। মরমদুনা নংনা তশেংবমক ঙমলোই তাহনবা অশিববু, নত্তগা ঙমলোই নংনা তাহনবা নাপঙববু কৌবদা, মখোইনা তুং ওথোক্তুনা হন্দোকখ্রবদা।

وَمَآ اَنْتَ بِهٰدِ الْعُمْيِ عَنْ ضَلٰلَتِهِمْ ۗ اِنْ تُسْمِعُ اِلَّا مَنْ يُّؤْمِنُ بِاٰيٰتِنَا فَهُمْ مُّسْلِمُوْنَ ۝٥٣ ع

৫৪। নত্তগা নংনা ঙমলোই লমজিংবা মমিৎ তাংববু মখোইগী লম্মুক্কবদগী। নংনা ঙম্মি তাহনবা মখোইদুতবু মখোইনা থাজরবা ঐখোইগী পাওজেনশিংবু অমসুং অয়েৎপা লৈতনা য়ারবা।

৬ শুবা রুকূ

اَللّٰهُ الَّذِيْ خَلَقَكُمْ مِّنْ ضُعْفٍ ثُمَّ جَعَلَ مِنْۢ بَعْدِ ضُعْفٍ قُوَّةً ثُمَّ جَعَلَ مِنْۢ بَعْدِ قُوَّةٍ ضُعْفًا وَّشَيْبَةً ۗ يَخْلُقُ مَا يَشَآءُ ۚ وَهُوَ الْعَلِيْمُ الْقَدِيْرُ ۝٥٤

৫৫। অল্লাহননি শেম-শাবিখিবা (মী) নখোইবু (অহানবদা) অশোনবা ফিবমদা, মথংদা শোল্লম্বা মতুংদা পীখি পাঙ্গল (নুরা পাখং ফারকপদা), মথংদা পাঙ্গলগী মতুংদা থোকহনখি (অমুকহন্না) অশোনবা (হকচাং মঙম চিশনহন্দুনা) অমসুং অহল ওইবা মতাং। মহাকনা শেম-শাই মহাকনা তাপাম্বতা ; অমসুং মহাক্তি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, পুংঙম-ঙম্বনি।

وَيَوْمَ تَقُوْمُ السَّاعَةُ يُقْسِمُ الْمُجْرِمُوْنَ ۙ مَا لَبِثُوْا غَيْرَ سَاعَةٍ ۚ كَذٰلِكَ كَانُوْا يُؤْفَكُوْنَ ۝٥٥

৫৬। অদুগা নুমিৎ অদুদা (রায়েল বিচারগী) পুংফমদু লাকলবদা মরাল লৈরবশিংনা রাশক্কনি মদুদি মখোই (সংসারদা) লৈরমদে পুং অমদগী হেন্না। অসুম্না মখোই (মতম-পুম্বদা) হাইদোক্তুনা লৈরম্মী অচুম্বা লম্বীদগী।

وَقَالَ الَّذِيْنَ اُوْتُوا الْعِلْمَ وَالْاِيْمَانَ لَقَدْ لَبِثْتُمْ فِيْ كِتٰبِ اللّٰهِ اِلٰى يَوْمِ الْبَعْثِ ۖ فَهٰذَا يَوْمُ الْبَعْثِ وَ

৫৭। তৌইগুম্বসুং জ্ঞান অমসুং ধর্ম্মদা থাজবা পীবিখ্রবা মখোইদুনা হায়গনিঃ "তশেংবমক নখোই লৈরম্মী অল্লাহগী কিতাবকী মতুংইন্না, শিবদগী অমুক হিংগৎহনবা নুমিৎ য়ৌবফাওবা— মরমদুনা মসি শিবদগী অমুক হিংগৎহনবা

لَٰكِنَّكُمْ كُنتُمْ لَا تَعْلَمُونَ ٥٦

নুমিৎনি, তৌইগুম্বসুং নখোইনা খঙলমদে (মসি)।"

فَيَوْمَئِذٍ لَّا يَنفَعُ الَّذِينَ ظَلَمُوا مَعْذِرَتُهُمْ وَلَا هُمْ يُسْتَعْتَبُونَ ٥٧

৫৮। মরম অদুনা নুমিৎ অদুদা মখোইগী মরাল ঙাকপিনবা হায়জবনা কান্নবা করিসু পীরোই ফত্তরম লম্বীনরম্বশিংদা, নত্তগা য়াবিরোই মখোইবু (অমুকহন্না) ফগৎহনবা।

وَلَقَدْ ضَرَبْنَا لِلنَّاسِ فِي هَٰذَا الْقُرْآنِ مِن كُلِّ مَثَلٍ ۚ وَلَئِن جِئْتَهُم بِآيَةٍ لَّيَقُولَنَّ الَّذِينَ كَفَرُوا إِنْ أَنتُمْ إِلَّا مُبْطِلُونَ ٥٨

৫৯। অদুগা তশেংবমক, ঐখোইনা পুথোকপিখ্রে মীওইবশিংগী (ভাব তানবগী) দমক কুরআন অসিদা মান্নবা মতৌশিং উৎপা পান্দম মখল কয়া। অদুম ওইনমক নংনা করিগুম্বা পুরকলমলবদি খুদম অমা মখোইদা, নিন্দা তৌদুনতা লৈবশিংনা শোয়দনমক হায়রমগনিঃ "নংসে করিসু নত্তে লৌনম চাওবা মীনি।"

كَذَٰلِكَ يَطْبَعُ اللَّهُ عَلَىٰ قُلُوبِ الَّذِينَ لَا يَعْلَمُونَ ٥٩

৬০। অসুম্না (মখোইনা থাজদবদা অনম কনশিনবগী ফল ওইনা) অল্লাহনা চুম নমশিনবিখ্রে মথম্মোইশিং (অচুম্বা) খঙদবা মখোইদুগী।

فَاصْبِرْ إِنَّ وَعْدَ اللَّهِ حَقٌّ ۖ وَلَا يَسْتَخِفَّنَّكَ الَّذِينَ لَا يُوقِنُونَ ٦٠

৬১। মরম অদুনা নং খাংবা কল্লু। তশেংবমক, অল্লাহগী ৱাশক্তি অচুম্বনি; অমসুং (ধর্ম্ম) পুমথা-থাজদবা মখোইদুনা ৱাখল লৈতবা তৌদসনু নহাক্কী।





(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৩৫ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজাল হৈবা, নুংশিহৈবা।

الٓمّٓ ②

২। ঐ অল্লাহনি পোৎ পুম্নমক খঙবনি (অনল্লাহু অ'অলমু)।

تِلْكَ اٰيٰتُ الْكِتٰبِ الْحَكِيْمِ ③

৩। পুম্নমকসি শৈরেংশিংনি লৌশিংনা পিক থনবা কিতাবকী,

هُدًى وَّ رَحْمَةً لِّلْمُحْسِنِيْنَ ④

৪। লমজিংনি অমসুং থৌজালনি অদুগুম্বা মীওইশিংগীদমক মখোইনা অফবা খানবা (অতোপ্পদা),

الَّذِيْنَ يُقِيْمُوْنَ الصَّلٰوةَ وَيُؤْتُوْنَ الزَّكٰوةَ وَهُمْ بِالْاٰخِرَةِ هُمْ يُوْقِنُوْنَ ⑤

৫। মখোইদু তৌই নমাজ (চাং নাইনা) অমসুং পী জকাত অমসুং চেৎনা থাজে শিরবা মতুংগী পুন্সিদা।

اُولٰٓئِكَ عَلٰى هُدًى مِّنْ رَّبِّهِمْ وَ اُولٰٓئِكَ هُمُ الْمُفْلِحُوْنَ ⑥

৬। মখোইসি চপচানা ইল্লি লমজিং মখোইগী মপুদগী অমসুং মখোইসি মমায় পাক্কনি।

وَ مِنَ النَّاسِ مَنْ يَّشْتَرِيْ لَهْوَ الْحَدِيْثِ لِيُضِلَّ عَنْ سَبِيْلِ اللّٰهِ بِغَيْرِ عِلْمٍ ۖ وَّ يَتَّخِذَهَا هُزُوًا ؕ اُولٰٓئِكَ لَهُمْ عَذَابٌ مُّهِيْنٌ ⑦

৭। অদুগা মীশিংগী মরক্তা অসিগুম্বা মীতা লৈ মহাকনা লৌশিল্লি কান্নদবা ৱারীশিং (লমজিংগী মহুত্তা), অদুনা মহাকনা চিংথোক্কবা (মীশিংবু) অল্লাহগী লম্বীদগী, জ্ঞান করিসু লৈতনা (লম্বীদুগী) অমসুং ফাগি জুগাই তৌনবগী মদুগী। অসিগুম্বা মীতা ফংগনি চোপহনবগী রায়েল-চৈরাক।

وَاِذَا تُتْلٰى عَلَيْهِ اٰيٰتُنَا وَلّٰى مُسْتَكْبِرًا كَاَنْ لَّمْ يَسْمَعْهَا كَاَنَّ فِيْٓ اُذُنَيْهِ وَقْرًا ۚ فَبَشِّرْهُ بِعَذَابٍ اَلِيْمٍ ⑧

৮। অদুগা ঐখোইগী পাওজেনশিং থীথবদা মঙোন্দা, মহাকনা পোংথোক্কুনা মমায় ওথোকই, মহাকনা ইতামক তাখিদবগুম্না মখোইবু (অমসুং) মহাক্কী মনাশিং পঙবগুম্না। মরমদুনা পাও থুংঙু মঙোন্দা অৱাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক (থাবিগনি মহাকপু)।

اِنَّ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ لَهُمْ جَنّٰتُ

৯। তশেংবমক, অদুগুম্বা মীওইশিং অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা থবকশিং তৌবা—মখোইদু

النَّعِيمِ ⑨

পীবিগনি থোইদোক্লা নুংঙাইখ্রবা হৈকোন-লৈকোনশিং,

خٰلِدِيْنَ فِيْهَا ۚ وَعْدَ اللّٰهِ حَقًّا ۚ وَهُوَ الْعَزِيْزُ الْحَكِيْمُ ⑩

১০। মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগনি (লোম্বা লৈতনা)। (মসি) অল্লাহগী অচুম্বা ৱাশকনি; অমসুং মহাক্তি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

خَلَقَ السَّمٰوٰتِ بِغَيْرِ عَمَدٍ تَرَوْنَهَا وَاَلْقٰى فِى الْاَرْضِ رَوَاسِىَ اَنْ تَمِيْدَ بِكُمْ وَبَثَّ فِيْهَا مِنْ كُلِّ دَآبَّةٍ ۚ وَاَنْزَلْنَا مِنَ السَّمَآءِ مَآءً فَاَنْۢبَتْنَا فِيْهَا مِنْ كُلِّ زَوْجٍ كَرِيْمٍ ⑪

১১। মহাকনা শেম্বিখি স্বর্গবু মখোঙ ইয়াও য়াওদনা নখোইনা (তরং-তরং) উবা ফংবা, অমসুং মহাকনা থম্বিখি পৃথিবী (লৈমায়) দা (লেঙদবা) চীংজাওশিং অদুনা মসি নোমদনবা নখোইগা লোয়ননা, অমসুং মহাকনা চায়থোক্লুনা থম্বিখি মদুগী মনুংদা শা মখল পুম্নমক। অদুগা ঐখোইনা তাহল্লি নোং-ঈশিং অতিয়াদগী অমসুং মদুগী মতেংনা হৌহল্লি মদুগী মনুংদা নিংথীজরবা (পাম্বী) মখল খুদিং।

هٰذَا خَلْقُ اللّٰهِ فَاَرُوْنِىْ مَاذَا خَلَقَ الَّذِيْنَ مِنْ دُوْنِهٖ ۚ بَلِ الظّٰلِمُوْنَ فِىْ ضَلٰلٍ مُّبِيْنٍ ⑫ ع

১২। মসি অল্লাহগী খুৎশেম (ভাক)নি। হৌজিক উহল্লু ঐঙোন্দা অতোপ্পা মহাক নত্তবনা শেমখিবা (তুমিৎ অমা ফাওবা করিগুম্বা লৈরবদি)। নত্তে, অরানবা লম্বীনবশিং তশেং-তশেংনা লম্মুক্লরবনি। ২ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ اٰتَيْنَا لُقْمٰنَ الْحِكْمَةَ اَنِ اشْكُرْ لِلّٰهِ ۚ وَمَنْ يَّشْكُرْ فَاِنَّمَا يَشْكُرُ لِنَفْسِهٖ ۚ وَمَنْ كَفَرَ فَاِنَّ اللّٰهَ غَنِىٌّ حَمِيْدٌ ⑬

১৩। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা পীখি মহৈ-মশিং লুকমান্দা (অসি হায়বিদুনা)ঃ "তৌবিমল খঙবা উৎলু অল্লাহদা;" মরমদি কনাগুম্বনা তৌবিমল খঙবা ফোংদোকচরবদি, তৌবিমল খঙবা উৎচবনি মশাগী থরাইগী (কান্নবগী)দমক। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা তৌবিমল খঙদ্রবদি, মওং মতাদুদা অল্লাহদি তশেংবমক মনীং তম্বনি, থাগৎপদা মতিকচাবনি।

وَاِذْ قَالَ لُقْمٰنُ لِابْنِهٖ وَهُوَ يَعِظُهٗ يٰبُنَىَّ لَا تُشْرِكْ بِاللّٰهِ ۗ اِنَّ الشِّرْكَ لَظُلْمٌ عَظِيْمٌ ⑭ (وقف النبي)

১৪। অদুগা (য়েংউ!) লুকমান্না হায়খি মচা নিপাবু ৱারকপগী মতাংদাঃ "হে ইচা ইবুঙো! থৈজিনগনু মশরুক য়ামিন্নবশিং অল্লাহদা। তশেংবমক, শরুক য়ামিন্নবশিং থৈজিনবসে অল্লাহদা অচৌবা অরানবনি।"

১৫। অদুগা ঐখোইনা য়াথংনবিখ্রে মীওইবদাঃ লমচৎ ফজবা চৎলু মহাক্কী মপা মমাদা, মহাক্কী মমানা নাও পুখি মহাক্পু অৱাবগী মথক্তা অৱাবা লুথোংনদুনা, অমসুং চহি অনিদা খোম খায়বিখি—(অমসুং য়াথংসিসু পীখিঃ)— "তৌবিমল খঙবা উৎলু (মপু) ঐঙোন্দা অমসুং নংগী নপা নমাদা। ঐঙোন্দা (অরোয়বা) হনজনফমনি।

وَوَصَّيْنَا الْإِنسَانَ بِوَالِدَيْهِ حَمَلَتْهُ أُمُّهُ وَهْنًا عَلَىٰ وَهْنٍ وَفِصَالُهُ فِي عَامَيْنِ أَنِ اشْكُرْ لِي وَلِوَالِدَيْكَ إِلَيَّ الْمَصِيرُ ⑭

১৬। "অদুগা করিগুম্বা (পা-মা) মখোইনা য়েৎনরবদি নংগা নংবু থংজনহন্নবগী শরুক য়ামিন্নবশিং ঐঙোন্দা মদুগী মরমদা নংনা করিসু খঙজদবা, মতাং অদুদা (নং) ইনগনু মখোইনা হায়বদা, তৌইগুম্বসুং নিংথীজনা লোয়নৌ মখোইগা তাইবঙ-খোঙচৎকী থবকশিংদা অমসুং (ধর্ম্মগী মতাংদা) মতুং ইল্লু ঐঙোন্দা মপুকনিং ওনশনবা মহাক অদুগীঃ অদুগী তুংদা নখোই হল্লক্কদবনি ঐঙোন্দা অমসুং ঐনা খঙহনবিগনি নখোইবু নখোইনা তৌরম্বাপুম্বা।"

وَإِن جَاهَدَاكَ عَلَىٰ أَن تُشْرِكَ بِي مَا لَيْسَ لَكَ بِهِ عِلْمٌ فَلَا تُطِعْهُمَا وَصَاحِبْهُمَا فِي الدُّنْيَا مَعْرُوفًا وَاتَّبِعْ سَبِيلَ مَنْ أَنَابَ إِلَيَّ ثُمَّ إِلَيَّ مَرْجِعُكُمْ فَأُنَبِّئُكُم بِمَا كُنتُمْ تَعْمَلُونَ ⑮

১৭। (লুকমান্না অসিসু হায়বিখিঃ) "হে ইচা ইবুংঙো! করিগুম্বা থবক (নংনা তৌখিবা) হঙ্গাম মরু অমগা মান্নবা ফাওবা, মদু (লোৎশল্লমলবসু) অচৌবা নুং মতুম অমগী মনুংদা নত্রগা অতিয়া (গী মকোয়)দা নত্রগা পৃথিবী (গী গর্ভনুং)দা, অল্লাহনা শোয়দনমক পুথোরক্কনি মদু (হিসাব লৌনবগী-দমক)। থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহদি য়াম্না উশিনবনি (অমসুং) ইখঙ-খঙবনি।

يَا بُنَيَّ إِنَّهَا إِن تَكُ مِثْقَالَ حَبَّةٍ مِّنْ خَرْدَلٍ فَتَكُن فِي صَخْرَةٍ أَوْ فِي السَّمَاوَاتِ أَوْ فِي الْأَرْضِ يَأْتِ بِهَا اللَّهُ إِنَّ اللَّهَ لَطِيفٌ خَبِيرٌ ⑯

১৮। "হে ইচা ই'বুঙো! নমাজ (চাং নাইনা) তৌ, অমসুং নয়াথং পীযু (মীশিংদা) অফবা তৌনবা অমসুং ফত্তবা থাদোক্নবা, অমসুং খাংহৈনা খাংবু কৈনোমা হেক থোরকপদা নংঙোন্দা (করিনা তশেংবমক মসি অচৌবা পুকনিং লেপ্পগী থবকনি।

يَا بُنَيَّ أَقِمِ الصَّلَاةَ وَأْمُرْ بِالْمَعْرُوفِ وَانْهَ عَنِ الْمُنكَرِ وَاصْبِرْ عَلَىٰ مَا أَصَابَكَ إِنَّ ذَٰلِكَ مِنْ عَزْمِ الْأُمُورِ ⑰

وَلَا تُصَعِّرْ خَدَّكَ لِلنَّاسِ وَلَا تَمْشِ فِي الْأَرْضِ مَرَحًا ۖ إِنَّ اللَّهَ لَا يُحِبُّ كُلَّ مُخْتَالٍ فَخُورٍ ﴿١٩﴾

১৯। "অদুগা (খঙঙু, নাপলনা তুফম থিবনি; মরমদুনা) নমায় ওংথোক্কনু মীওোন্দগী তুক্কচবগা লোয়ননা অমসুং চৎকনু মালেমথক্তা পোংথোক চাউথোক্তুনা। তশেংবমক অল্লাহনা নুংশিবিদে থোইচৎ-ৱাংচৎনবা কনামতবু।

وَاقْصِدْ فِي مَشْيِكَ وَاغْضُضْ مِنْ صَوْتِكَ ۚ إِنَّ أَنْكَرَ الْأَصْوَاتِ لَصَوْتُ الْحَمِيرِ ﴿٢٠﴾

২০। "অদুগা ময়ায় ওইরপ্পা খোঙথাংদা চৎলু অমসুং খোন নেম্না ৱা ঙাঙউ। থাঙ্গশেংবমক খ্বাইদগী হেন্না তানীংদবা খোঞ্জেলদি গাধানা খোংবনি।"

৩ শুবা রুকূ

أَلَمْ تَرَوْا أَنَّ اللَّهَ سَخَّرَ لَكُمْ مَا فِي السَّمَاوَاتِ وَمَا فِي الْأَرْضِ وَأَسْبَغَ عَلَيْكُمْ نِعَمَهُ ظَاهِرَةً وَبَاطِنَةً ۗ وَمِنَ النَّاسِ مَنْ يُجَادِلُ فِي اللَّهِ بِغَيْرِ عِلْمٍ وَلَا هُدًى وَلَا كِتَابٍ مُنِيرٍ ﴿٢١﴾

২১। নখোই উদব্রা অল্লাহনা মখা পোনহনবিখ্রে নখোইগী স্বর্গদা লৈবাপুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈবাপুম্বা, অমসুং মপুং ফাহনবিখ্রে মহাক্কী থৌজালশিং নখোইগী নথক্তা, অফোংবা অমসুং অরোনবা (অনিমক)? অদুম ওইনমক, মীশিংগী মরক্তা অসিগুম্বা মীতাশিং লৈ মখোইনা চীন্দান-পাওদাম্নে অল্লাহগী মরমদা জ্ঞান করিসু লৈতনা নত্রগা লমজিং য়াওদনা নত্রগা মঙাল পীবা কিতাব অমতা লৈজদনা।

وَإِذَا قِيلَ لَهُمُ اتَّبِعُوا مَا أَنْزَلَ اللَّهُ قَالُوا بَلْ نَتَّبِعُ مَا وَجَدْنَا عَلَيْهِ آبَاءَنَا ۚ أَوَلَوْ كَانَ الشَّيْطَانُ يَدْعُوهُمْ إِلَىٰ عَذَابِ السَّعِيرِ ﴿٢٢﴾

২২। অদুগা (ধর্ম্ম চত্তবা) মখোইদা "তুং-ইল্লু অল্লাহনা থাবিরকখিবা অদুগী" হায়বদা মখোইনা পাওখুম্মি: "নত্তে, ঐখোইনা তুং-ইনগনি ঐখোইনা ফংবা ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংনা চৎলম্বা অদুগী।" করি! শৈতান্না বারতোন তৌরবসু মখোইবু য়ং-য়ং লাউনা চাকপা মৈগী ৱায়েল-চৈরাকদা?

وَمَنْ يُسْلِمْ وَجْهَهُ إِلَى اللَّهِ وَهُوَ مُحْسِنٌ فَقَدِ اسْتَمْسَكَ بِالْعُرْوَةِ الْوُثْقَىٰ ۗ وَإِلَى اللَّهِ عَاقِبَةُ الْأُمُورِ ﴿٢٣﴾

২৩। অদুগা কনাগুম্বনা মশা কৎথোকচরবা অল্লাহদা অমসুং অফবা থাল্লবদি (অতোপ্পদা), মহাক তশেংবমক পায়বনি অচেৎপা খুৎপায়ফম (অল্লাহগী)। অদুগা থবকশিংগী পোল্লোইদি লৈ অল্লাহদা।

وَمَنْ كَفَرَ فَلَا يَحْزُنْكَ كُفْرُهُ ۚ إِلَيْنَا مَرْجِعُهُمْ فَنُنَبِّئُهُمْ

২৪। অদুগা কনাগুম্বনা লমফৈ-খোঙফম্নরবদি, মহাক্কী লমফৈ-খোঙফম্নবনা অৱাবা পীদসনু

بِمَا عَمِلُوْا ۭ اِنَّ اللّٰهَ عَلِيْمٌۢ بِذَاتِ الصُّدُوْرِ ۝

নহাকপু। মখোই (তঙাইফদনা) হল্লক্কদবনি ঐখোইদা, মতমদুদা ঐখোইনা খঙহনবিগনি মখোইবু—মখোইনা তৌরম্বাপুম্বা (তাইবঙ-পুন্সি খোঙফমদা)। তশেংবমক অল্লাহদি খঙবনি (মীগী) থবাক্কী মনুংদা লৈবা (পুম্নমক)সু।

نُمَتِّعُهُمْ قَلِيْلًا ثُمَّ نَضْطَرُّهُمْ اِلٰى عَذَابٍ غَلِيْظٍ ۝

২৫। ঐখোইনা নুংঙাইহনবি মখোইবু (তাইবঙ-পুন্সিদা) মতম খরদং, মসিগী মতুংদা ঐখোইনা হোইহজিনবিগনি মখোইবু শাথীবা অরাবদা (মতম কুইনা)।

وَلَىِٕنْ سَاَلْتَهُمْ مَّنْ خَلَقَ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضَ لَيَقُوْلُنَّ اللّٰهُ ۭ قُلِ الْحَمْدُ لِلّٰهِ ۭ بَلْ اَكْثَرُهُمْ لَا يَعْلَمُوْنَ ۝

২৬। অদুগা নংনা রাহংলবদি মখোইদাঃ "কনানা শেম-শাখিবগে স্বর্গ অমসুং পৃথিবীবু?" মখোইনা শোয়দনমক পাওখুমগনিঃ "অল্লাহনা।" (নং) হায়য়ুঃ "থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহবুনি।" তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা খঙদে।

لِلّٰهِ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۭ اِنَّ اللّٰهَ هُوَ الْغَنِيُّ الْحَمِيْدُ ۝

২৭। অল্লাহগী ঙাকনি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবাপুম্বা। তশেংবমক অল্লাহদি মনীং তম্বনি, থাগৎপদা মতিকচাবনি।

وَلَوْ اَنَّ مَا فِي الْاَرْضِ مِنْ شَجَرَةٍ اَقْلَامٌ وَّالْبَحْرُ يَمُدُّهٗ مِنْۢ بَعْدِهٖ سَبْعَةُ اَبْحُرٍ مَّا نَفِدَتْ كَلِمٰتُ اللّٰهِ ۭ اِنَّ اللّٰهَ عَزِيْزٌ حَكِيْمٌ ۝

২৮। অদুগা পৃথিবীদা হৌরিবা উপাম্বী পুম্নমক কলম ওইরমলবা, অমসুং সমুদ্র (গী ঈশিং পুম্নমক) না (মুক ওইরমলবা), অদুগী মথক্তা সমুদ্র তরেৎ (অমুক তিনশিন্দুনা) অল্লাহগী রাহৈশিং (ইবা) লোয়রমলোই (সমুদ্রশিং কংখিরমগনি)। তশেংবমক, অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

مَا خَلْقُكُمْ وَلَا بَعْثُكُمْ اِلَّا كَنَفْسٍ وَّاحِدَةٍ ۭ اِنَّ اللّٰهَ سَمِيْعٌۢ بَصِيْرٌ ۝

২৯। (হে মীওইবশিং!) নখোইবু শেম্বা অমসুং নখোইবু (শিবদগী অমুক) হিংগৎহনবসে (অল্লাহদা) থরাই অমা (শেম্বা অমসুং অমুক হিংগৎহনব) গুম্বনি। থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক উবনি।

اَلَمْ تَرَ اَنَّ اللّٰهَ يُوْلِجُ الَّيْلَ فِي النَّهَارِ وَيُوْلِجُ النَّهَارَ فِي الَّيْلِ وَسَخَّرَ الشَّمْسَ وَالْقَمَرَ ۡ كُلٌّ يَّجْرِيْٓ اِلٰٓى اَجَلٍ

৩০। নং উদব্রা অল্লাহনা ওইহল্লি অহিংবু নুংথিল, অমসুং ওইহল্লি নুংথিলবু অহিং, অমসুং মহাকনা মথা পোনহল্লি নুমিৎ অমসুং থাবু (মহাক্কী রায়েলগী), মখোই খুদিং চৎলি মাগী-মাগী লম্বী

فُسَمًّى وَّاَنَّ اللّٰهَ بِمَا تَعْمَلُوْنَ خَبِيْرٌ ۝

অকক্লবা মতম অমা য়ৌবফাওবা, অমসুং অল্লাহদি ইখঙ-খঙবনি নখোইনা তৌরিবাপুম্বা ?

ذٰلِكَ بِاَنَّ اللّٰهَ هُوَ الْحَقُّ وَاَنَّ مَا يَدْعُوْنَ مِنْ دُوْنِهِ الْبَاطِلُ ۙ وَاَنَّ اللّٰهَ هُوَ الْعَلِيُّ الْكَبِيْرُ ۝

৩১। (পুম্নমকসি অসুম্না ওইরিবনি) মরমদি অল্লাহদি থাঙ্গৈমকশেংবা অচুম্বা (মপু) নি, অমসুং (লমফৈ-খোঙফম্নবশিং) মখোইনা কৌজরিবা মহাক নত্তবা (অতৈ খোয়ম লাই) পুম্বা অরানবনি, অমসুং অল্লাহদি ইরাং-রাংবনি, খ্বাইদগী হেন্না অচৌবনি।

৪ শুবা রুকূ

اَلَمْ تَرَ اَنَّ الْفُلْكَ تَجْرِىْ فِى الْبَحْرِ بِنِعْمَتِ اللّٰهِ لِيُرِيَكُمْ مِّنْ اٰيٰتِهِ ؕ اِنَّ فِىْ ذٰلِكَ لَاٰيٰتٍ لِّكُلِّ صَبَّارٍ شَكُوْرٍ ۝

৩২। নং উদব্রা জাহাজশিং হোনবা সমুদ্র ঈপাক্তা অল্লাহগী থৌজালনা, অদুনা মহাকনা উহন্নবা নখোইবু মহাক্কী খুদমশিং অখাংকনবা, তৌবিমল খঙবা মীওইশিংগীদমক।

وَاِذَا غَشِيَهُمْ مَّوْجٌ كَالظُّلَلِ دَعَوُا اللّٰهَ مُخْلِصِيْنَ لَهُ الدِّيْنَ ۚ فَلَمَّا نَجّٰىهُمْ اِلَى الْبَرِّ فَمِنْهُمْ مُّقْتَصِدٌ ؕ وَمَا يَجْحَدُ بِاٰيٰتِنَآ اِلَّا كُلُّ خَتَّارٍ كَفُوْرٍ ۝

৩৩। (অকনবা নোংলৈ-নুংশিত্তা সমুদ্রগী) ঈথক ঈপোমনা থাক্কনগুম্না ইকুপ-কুপশিল্লবদা (অচুম্বা য়ানীংদবশিং) মখোইবু, মখোইনা কৌজে অল্লাহবু, মপুকনিং শেংনা হায়বা ইন্দুনা মঙোন্দা; তৌইওম্বসুং মহাকনা পুখৎপিরবা মতমদা মখোইবু কংফান্দা খুদেংথীবা লৈতনা, মখোই খরতনা লৌই অচুম্বা লম্বী। অদুগা মী কনামতনা য়াদবা তৌদে ঐখোইগী পাওজেনশিংবু থাজনগাই ওইদ্রবা, তৌবিমল খঙদবা নত্তনা।

يٰٓاَيُّهَا النَّاسُ اتَّقُوْا رَبَّكُمْ وَاخْشَوْا يَوْمًا لَّا يَجْزِىْ وَالِدٌ عَنْ وَّلَدِهٖ ۖ وَلَا مَوْلُوْدٌ هُوَ جَازٍ عَنْ وَّالِدِهٖ شَيْـًٔا ؕ اِنَّ وَعْدَ اللّٰهِ حَقٌّ فَلَا تَغُرَّنَّكُمُ الْحَيٰوةُ الدُّنْيَا ۥ وَلَا يَغُرَّنَّكُمْ بِاللّٰهِ الْغَرُوْرُ ۝

৩৪। হে মীওইবশিং ! ভক্তি কৎলু নুংশিবা মমদি অকিবগা লোয়ননা নখোইগী মপুদা অমসুং কিয়ু নুমিৎ অদু মদুদা মপানা কান্নবা করিসু পীরোই মচা নিপাদা, নত্তগা মচা নিপানা কান্নবা করিসু পীরোই মপাদা। তশেংবমক অল্লাহগী ৱাশক্তি অচুম্বনি। মরমদুনা তাইবঙপানবগী (নিনি পানবা) পুন্সিনা নমথাক তৌদসনু নখোইবু, নত্তগা লৌনমজাওবনা লৌনম তৌদসনু নখোইবু অল্লাহগী মরমদা।

اِنَّ اللّٰهَ عِنْدَهٗ عِلْمُ السَّاعَةِ ۚ وَيُنَزِّلُ الْغَيْثَ ۚ وَيَعْلَمُ مَا فِى الْاَرْحَامِ ؕ وَمَا تَدْرِىْ نَفْسٌ مَّاذَا تَكْسِبُ غَدًا ؕ

৩৫। থাঙ্গৈমকশেংনা অল্লাহ(ত)না খঙই পুংফম অদু, অমসুং মহাকনা চুহল্লি নোং, অমসুং মহাকনা খঙই গর্ভনুংশিংদা করি লৈবা। অদুগা থৱাই

وَمَا تَدْرِىْ نَفْسٌۢ بِاَىِّ اَرْضٍ تَمُوْتُ ۚ اِنَّ اللّٰهَ عَلِيْمٌ خَبِيْرٌ ۝

কনানসু খঙদে মানা করি কমায় তৌগনি হয়েং, অমসুং থরাই কনানসু খঙদে করম্বা লমদা মহাক শিগনি। তশেংবমক অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না খঙবনি।



অল-সজদহ সূরহ ৩২

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৩১ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

الٓمّٓ ۝

২। ঐ অল্লাহনি, পোৎ পুম্নমক-খঙবনি (অনল্লাহ অ'অলমু)।

تَنْزِيْلُ الْكِتٰبِ لَا رَيْبَ فِيْهِ مِنْ رَّبِّ الْعٰلَمِيْنَ ۝

৩। ফোংদোকপিরকখিবা কিতাবসি —চিংন-নিঙঙাই করিসু লৈতে মসিগী মরমদা— মপুদগীনি সংসার পুম্নমক্কী।

اَمْ يَقُوْلُوْنَ افْتَرٰىهُ ۚ بَلْ هُوَ الْحَقُّ مِنْ رَّبِّكَ لِتُنْذِرَ قَوْمًا مَّآ اَتٰىهُمْ مِّنْ نَّذِيْرٍ مِّنْ قَبْلِكَ لَعَلَّهُمْ يَهْتَدُوْنَ ۝

৪। (লমযৈ-খোঙফম্নবশিং) মখোইনা হায়ব্রা ঃ "মহাকনা জাল তৌখিবনি মসি?" নত্তে, মসি অচুম্বনি নংগী মপুদগী, অদুনা নংনা চেকশনহন্নবা জাতি অমা মখোইদা লাকখিদরি চেকশন--রা হায়বা মী কনামতা নংগী মমাংদা, অদুনা মখোইনা তুং-ইনজনবা লমজিং।

اَللّٰهُ الَّذِىْ خَلَقَ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضَ وَمَا بَيْنَهُمَا فِىْ سِتَّةِ اَيَّامٍ ثُمَّ اسْتَوٰى عَلَى الْعَرْشِ ۗ مَا لَكُمْ مِّنْ دُوْنِهٖ مِنْ وَّلِىٍّ وَّلَا شَفِيْعٍ ۗ اَفَلَا تَتَذَكَّرُوْنَ ۝

৫। অল্লাহননি শেম-শাখিবা স্বর্গ অমসুং পৃথিবী, অমসুং অনিগী মরক্তা লৈরিবাপুম্বা (তোঙান-তোঙানবা) মতম তরুকদা ; অদুগী তুংদা মহাকনা লৌখি আশন (শক্তিগী) কোইরেল ফম্বালথক্তা। নখোইগী লৈতে কনামতা তেংবাং- নবা নত্তগা তাইনবিনবা মহাক নত্তনা। নখোই রাখল ইতৌ-তৌরোইদ্রা?

يُدَبِّرُ الْأَمْرَ مِنَ السَّمَاءِ إِلَى الْأَرْضِ ثُمَّ يَعْرُجُ إِلَيْهِ فِي يَوْمٍ كَانَ مِقْدَارُهُ أَلْفَ سَنَةٍ مِمَّا تَعُدُّونَ ۝٥

৬। মহাকনা শীল্লাংই থবকশিং কোরৌ নোংমদোলদগী মালেমদা, অদুগী তুংদা মসি কাখৎখিগনি মঙোন্দা নোংমা নুমিত্তা মদুগী মিয়াদ চহি লিশিং অমা ওইগনি নখোইগী (তাইবঙ) হিসাবদা।

ذَٰلِكَ عَالِمُ الْغَيْبِ وَالشَّهَادَةِ الْعَزِيزُ الرَّحِيمُ ۝٦

৭। অসিগুম্বা অখঙবনি উদবা অমসুং উবা (পুম্নমক্কী)—পাঙ্গলবনি, নুংশিহৈবনি।

الَّذِي أَحْسَنَ كُلَّ شَيْءٍ خَلَقَهُ وَبَدَأَ خَلْقَ الْإِنْسَانِ مِنْ طِينٍ ۝٧

৮। মহাকনা শেম্মি মপুংফানা মহাকনা শাখিবা খুদিংমক অমসুং মহাকনা হৌখি তাইবঙ মী শেম্বা লৈখোমদগী;

ثُمَّ جَعَلَ نَسْلَهُ مِنْ سُلَالَةٍ مِنْ مَاءٍ مَهِينٍ ۝٨

৯। অদুগী তুংদা মহাকনা শেমখি মাগী মচা-মশু চিংথোক্লবা তুক্কচবগী মশক ওইবা মহী অমদগী।

ثُمَّ سَوَّاهُ وَنَفَخَ فِيهِ مِنْ رُوحِهِ وَجَعَلَ لَكُمُ السَّمْعَ وَالْأَبْصَارَ وَالْأَفْئِدَةَ قَلِيلًا مَا تَشْكُرُونَ ۝٩

১০। অদুগী তুংদা মহাকনা মীতমখি মাবু অমসুং কামশনবিখি মঙোন্দা মহাক্কী থরাই; অমসুং মহাকনা পীখি নখোইদা (তানবা) নাকোংশিং অমসুং (উনবা) মিৎশিং অমসুং (খঙনবা) থম্মোইশিং। তৌইগুম্বসুং নখোই তৌবিমল থঙবা করিসু লৈতবনি।

وَقَالُوا أَإِذَا ضَلَلْنَا فِي الْأَرْضِ أَإِنَّا لَفِي خَلْقٍ جَدِيدٍ بَلْ هُمْ بِلِقَاءِ رَبِّهِمْ كَافِرُونَ ۝١٠

১১। অদুগা (ধর্ম্ম চত্তবশিং) মখোইনা হায়ঃ "করি! ঐখোইবু মাঙহনবিখ্রবদা লৈবাক লৈনুংদা, ঐখোইবু অমুক নৌনা শেম্বিগদৌরিব্রা?" নত্তে, মখোই থাজদবশিংনি উনগনি হায়বা মখোইগী মপুগা।

قُلْ يَتَوَفَّاكُمْ مَلَكُ الْمَوْتِ الَّذِي وُكِّلَ بِكُمْ ثُمَّ إِلَىٰ رَبِّكُمْ تُرْجَعُونَ ۝١١

১২। হায়য়ু ঃ অশিবগী স্বর্গদুত হাপ্তুনা থম্বিখ্রবনা শিহনবিগনি নখোইবু; অদুগী তুংদা নখোইগী মপুগী মনাক্তা নখোইবু হনজনহনবিগনি।

২ শুবা রুকূ

وَلَوْ تَرَىٰ إِذِ الْمُجْرِمُونَ نَاكِسُو رُءُوسِهِمْ عِنْدَ رَبِّهِمْ رَبَّنَا أَبْصَرْنَا وَسَمِعْنَا فَارْجِعْنَا نَعْمَلْ صَالِحًا إِنَّا

১৩। নংনা করিগুম্বা উরমলবদি, পাপীশিংনা মরু থোক থোক লুকথবা মতমদা মখোইগী মপুগী মমাংদা (অসি হায়দুনা)ঃ "ঐখোইগী মপুও! ঐখোই উজরে অমসুং ঐখোই তাজরে, মরমদুনা থাবিয়ু ঐখোইবু অমুকহন্না (সংসারদা) অদুনা

مُوقِنُونَ ⑫

ঐখোই লম্বীজনবা অফবা থবকশিং ; তশেংবমক ঐখোই (হৌজিক্তা) থাজরকলি (অচুম্বা ধর্ম্ম পাওজেন)।

وَلَوْ شِئْنَا لَآتَيْنَا كُلَّ نَفْسٍ هُدَاهَا وَلَٰكِنْ حَقَّ الْقَوْلُ مِنِّي لَأَمْلَأَنَّ جَهَنَّمَ مِنَ الْجِنَّةِ وَالنَّاسِ أَجْمَعِينَ ⑬

১৪। অদুগা ঐখোইনা করিগুম্বা নীংলমলবদি, ঐখোইনা পীরমগনি থৱাই খুদিংবু মাগী লমজিং, তৌইগুম্বসুং ৱাহে (থোকখিবদু) ঐঙোন্দগী তঙাইফদনা পাংথোক্কদবনি (ঐনা য়াথংনবি-খ্রবদা ঃ) "ঐনা তশেংবমক থলহনবিগনি যম লৈবাকপু (হায়বা ইন্দবা) জিনশিং অমসুং মীশিংনা, পুল্লপ-পুন্না।

فَذُوقُوا بِمَا نَسِيتُمْ لِقَاءَ يَوْمِكُمْ هَٰذَا إِنَّا نَسِينَاكُمْ وَذُوقُوا عَذَابَ الْخُلْدِ بِمَا كُنْتُمْ تَعْمَلُونَ ⑭

১৫। মরমদুনা (মখোইদা অসুম্না হায়বিগনি ঃ) "তংঙু মহাউ (নখোইগী থবকশিংগী মহে), মরমদি নখোইনা কাওথোকলম্মী থেংনগনি হায়বা (ঙসি) নখোইগী নুমিৎসে; ঐখোইসু তশেংবমক কাওথোকপিগনি নখোইবু। অদুনা তংঙু মহাউ মতম কুইনা লৈগদবা ৱায়েল-চৈরাক্কী, মরমদি নখোইনা নশিঞ্জাং ওইনা তৌরম্বা (থবকশিং)গী।"

إِنَّمَا يُؤْمِنُ بِآيَاتِنَا الَّذِينَ إِذَا ذُكِّرُوا بِهَا خَرُّوا سُجَّدًا وَسَبَّحُوا بِحَمْدِ رَبِّهِمْ وَهُمْ لَا يَسْتَكْبِرُونَ ⑮ ۩

সজদহ

১৬। থাজেংশংবমক, মখোইতনা থাজে ঐখোইগী পাওজেনশিংদা, মখোইদা পাওজেনশিংদু নীংশিঙবা মতমদা, (মখোইনা) খুরু খুদক কুপ্থদুনা খুরুমই অমসুং লাইশোল শোল্লি থাগৎপগী মখোইগী মপুগী, অমসুং মখোই (কদৌঙৈদসু) নাপল-লুথোংনদে।

تَتَجَافَىٰ جُنُوبُهُمْ عَنِ الْمَضَاجِعِ يَدْعُونَ رَبَّهُمْ خَوْفًا وَطَمَعًا وَمِمَّا رَزَقْنَاهُمْ يُنْفِقُونَ ⑯

১৭। মখোইনা থাদোকই মখোইগী ফমুং (গী নুংঙাইবা অহিংগী শরুক অমদা) অমসুং মখোইনা কৌজে মখোইগী মপুবু অকিবা অমসুং আশাগা লোয়ননা, অমসুং তৌই খরচ ঐখোইনা পীখিবা অদুদগী মখোইদা।

فَلَا تَعْلَمُ نَفْسٌ مَا أُخْفِيَ لَهُمْ مِنْ قُرَّةِ أَعْيُنٍ جَزَاءً بِمَا كَانُوا يَعْمَلُونَ ⑰

১৮। মরমদুনা থৱাই কনানসু খঙদে করম্বা (মখলগী) মিৎশিং হরাওনঙাই ওইবা (পোৎশিং) লোৎশন্দুনা থমলিবা মখোইগীদমক্তা, মনা-মথিন ওইনা মখোইগী অফবা থবকশিংগী।

১৯। অচুম্বা থাজবা মহাক্কা মান্নব্রা হায়বা ইন্দবা অমগা ? মখোই মান্নদে।

أَفَمَن كَانَ مُؤْمِنًا كَمَن كَانَ فَاسِقًا ۚ لَّا يَسْتَوُونَ ﴿١٩﴾

২০। অদুগুম্বা মীওইশিং অচুম্বা থাজখ্রবা অমসুং অফবা থবকশিং তৌখ্রবা, মখোইদু ফংগনি হেকোন-লৈকোনশিং লৈফম ওইনা — (মসি) অতিথি সেবা তৌবা মতৌগুম্বনি, মখোইনা তৌরম্বা (অফবা থবকশিং)গীদমক।

أَمَّا الَّذِينَ آمَنُوا وَعَمِلُوا الصَّالِحَاتِ فَلَهُمْ جَنَّاتُ الْمَأْوَىٰ نُزُلًا بِمَا كَانُوا يَعْمَلُونَ ﴿٢٠﴾

২১। অদুগা হায়বা ইন্দবা মীশিংদু — মখোইগী লৈফমদি খাম্বি মৈ (কোন) দনি। মতম খুদিংদা মখোইনা থোকনীংলকপদা মদুদগী, মখোইবু হেক হেক হঞ্জনহনবিগনি মদুগী মনুংদা, অমসুং মসি হায়বিগনি মখোইদাঃ "তংঙু মহাউ খাম্বি মৈগী রায়েল-চৈরাক — মদুনি নখোইনা চুমদবা হায়রম্বদু।

وَأَمَّا الَّذِينَ فَسَقُوا فَمَأْوَاهُمُ النَّارُ ۖ كُلَّمَا أَرَادُوا أَن يَخْرُجُوا مِنْهَا أُعِيدُوا فِيهَا وَقِيلَ لَهُمْ ذُوقُوا عَذَابَ النَّارِ الَّذِي كُنتُم بِهِ تُكَذِّبُونَ ﴿٢١﴾

২২। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা মহাউ তংহনবিগনি মখোইবু (সংসারদা হিংলিঙৈদা) হন্থবা রায়েল-চৈরাক (অরা-অনাগী শক্তমদা) মমাংদা অচৌবা রায়েল-চৈরাক (পরলোক্কী থাবিদরিঙৈ)গী, অদুনা মখোইনা হল্লক্লবা (ঐখোইদা নুংনাংবগা লোয়ননা)।

وَلَنُذِيقَنَّهُم مِّنَ الْعَذَابِ الْأَدْنَىٰ دُونَ الْعَذَابِ الْأَكْبَرِ لَعَلَّهُمْ يَرْجِعُونَ ﴿٢٢﴾

২৩। অদুগা কনানো মঙোন্দগী হেন্না অরানবা মহাক্কী মপুগী পাওজেনশিং নীংশিঙবা মতমদা, মহাকনা (তানীংদদুনা) মমায় ওন্থোকই মখোইদগী? ঐখোইনা শোয়দনমক চৈরাক থাবিগনি মরাল লৈরববু।

وَمَنْ أَظْلَمُ مِمَّن ذُكِّرَ بِآيَاتِ رَبِّهِ ثُمَّ أَعْرَضَ عَنْهَا ۚ إِنَّا مِنَ الْمُجْرِمِينَ مُنتَقِمُونَ ﴿٢٣﴾

৩ শুবা রুকূ

২৪। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা পীখি মুসাদা (তৌরাত) কিতাব—মরমদুনা চিংনগনু মদু (গুম্বা কিতাব অমা) ফংগনি হায়বগী মরমদা — অমসুং ঐখোইনা ওইহনবিখি (তৌরাত) অদু লমজিং ইস্রাঈল মচাশিংগীদমক।

وَلَقَدْ آتَيْنَا مُوسَى الْكِتَابَ فَلَا تَكُن فِي مِرْيَةٍ مِّن لِّقَائِهِ ۖ وَجَعَلْنَاهُ هُدًى لِّبَنِي إِسْرَائِيلَ ﴿٢٤﴾

২৫। অদুগা এখোইনা শেম্বিখি লুচিংবশিং

وَجَعَلْنَا مِنْهُمْ أَئِمَّةً يَهْدُونَ بِأَمْرِنَا لَمَّا صَبَرُوا

وَكَانُوْا بِاٰيٰتِنَا يُوْقِنُوْنَ ۝٢٤

মখোইগী মরক্তগী, মখোইনা লমজিংবিখি (ইস্রাঈলশিংবু) ঐখোইগী হুকুমনা, মদু তৌরিঙৈগী মনুংদা মখোই অখাংকনখি অমসুং চেৎনা থাজখি ঐখোইগী পাওজেনশিংদা।

اِنَّ رَبَّكَ هُوَ يَفْصِلُ بَيْنَهُمْ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ فِيْمَا كَانُوْا فِيْهِ يَخْتَلِفُوْنَ ۝٢٥

২৬। তশেংবমক, নংগী মপুনা রায়েল বিচার তৌবিগনি মখোইগী মরক্তা শিবদগী অমুক হিংগৎহনবা নুমিত্তা মখোইনা য়ানরমদবা (রাফম) অদুগী মরমদা।

اَوَلَمْ يَهْدِ لَهُمْ كَمْ اَهْلَكْنَا مِنْ قَبْلِهِمْ مِّنَ الْقُرُوْنِ يَمْشُوْنَ فِيْ مَسٰكِنِهِمْ ۚ اِنَّ فِيْ ذٰلِكَ لَاٰيٰتٍ ۚ اَفَلَا يَسْمَعُوْنَ ۝٢٦

২৭। মসিনা লমজিং ওইবা য়াদব্রা মখোইগী শুরোন কয়া ঐখোইনা মাঙহনবিখ্রবা মখোইগী মমাংদা, মখোইগী লৈফমশিংগী ময়ায়দা (হায়বা ইন্দবশিং) মখোইনা (হৌজিক) চৎলি-থোকলি? তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদমশিং (পাঙ্গা অমা লৌনবগী)। মখোইবু তাররোই হায়ব্রা ?

اَوَلَمْ يَرَوْا اَنَّا نَسُوْقُ الْمَآءَ اِلَى الْاَرْضِ الْجُرُزِ فَنُخْرِجُ بِهٖ زَرْعًا تَاْكُلُ مِنْهُ اَنْعَامُهُمْ وَاَنْفُسُهُمْ ۚ اَفَلَا يُبْصِرُوْنَ ۝٢٧

২৮। নখোই উদব্রা ঐখোইনা হোইদুনা পুবা (নোং) ঈশিং লমকং অমদা অমসুং মদুগী মতেংনা থোকহনবা মহৈ-মরোংশিং মদু মখোইগী শা-ষণনা অমসুং মখোই মশামক্ত (সু) চাই? মখোইবু উররোই হায়ব্রা?

وَيَقُوْلُوْنَ مَتٰى هٰذَا الْفَتْحُ اِنْ كُنْتُمْ صٰدِقِيْنَ ۝٢٨

২৯। মখোইনা হায় (অচুম্বা থাজবশিংদা)ঃ "করম্বা মতমদা (নখোইগী) জয় অসি লাক্কদৌরি, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা?"

قُلْ يَوْمَ الْفَتْحِ لَا يَنْفَعُ الَّذِيْنَ كَفَرُوْٓا اِيْمَانُهُمْ وَلَا هُمْ يُنْظَرُوْنَ ۝٢٩

৩০। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "(ঐখোইগী) জয়গী নুমিৎ অদুদা থাজবা (হৌব) না লমফে-খোঙফম্নবশিংনা করিসু কান্নবা ওইরোই মখোইদা, নত্রগা পীরোই মখোইদা মতম খরা পোখাবা।

فَاَعْرِضْ عَنْهُمْ وَانْتَظِرْ اِنَّهُمْ مُّنْتَظِرُوْنَ ۝٣٠

৩১। মরমদুনা মায় ওন্থোক্কুনা লৈয়ু মখোইদগী, অমসুং ঙাইয়ু, তশেংবমক মখোইসু ঙাইরি।

سُورَةُ الْأَحْزَابِ مَدَنِيَّةٌ (٣٣)

সূরহ ৩৩ অল-অহজাব

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ৭৪ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

يٰٓاَيُّهَا النَّبِيُّ اتَّقِ اللّٰهَ وَلَا تُطِعِ الْكٰفِرِيْنَ وَالْمُنٰفِقِيْنَ ۗ اِنَّ اللّٰهَ كَانَ عَلِيْمًا حَكِيْمًا ۙ ②

২। হে নবী! ভক্তি কৎলু নুংশিবা অমদি অকিবগা লোয়ননা অল্লাহদা অমসুং তুং ইনগনু (অপাম্বদা) লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী অমসুং ঈমান চেংজংবশিংগী। তশেংবমক, অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَّاتَّبِعْ مَا يُوْحٰٓى اِلَيْكَ مِنْ رَّبِّكَ ۗ اِنَّ اللّٰهَ كَانَ بِمَا تَعْمَلُوْنَ خَبِيْرًا ۙ ③

৩। অদুগা তুং ইল্লু নংঙোন্দা ফোংদোকপিখিবা অদুগী নংগী মপুদগী। তশেংবমক, অল্লাহদি খবররালানি নখোইনা তৌরিবাপুম্বা,

وَّتَوَكَّلْ عَلَى اللّٰهِ ۗ وَكَفٰى بِاللّٰهِ وَكِيْلًا ④

৪। অমসুং আশা তৌ অল্লাহদা, মরমদি অল্লাহনা ওকলে ঙাকপি শেনবিবা ওইবদা (নংগী)।

مَا جَعَلَ اللّٰهُ لِرَجُلٍ مِّنْ قَلْبَيْنِ فِيْ جَوْفِهٖ ۚ وَمَا جَعَلَ اَزْوَاجَكُمُ الّٰٓـِٔيْ تُظٰهِرُوْنَ مِنْهُنَّ اُمَّهٰتِكُمْ ۚ وَمَا جَعَلَ اَدْعِيَآءَكُمْ اَبْنَآءَكُمْ ۗ ذٰلِكُمْ قَوْلُكُمْ بِاَفْوَاهِكُمْ ۗ وَاللّٰهُ يَقُوْلُ الْحَقَّ وَهُوَ يَهْدِي السَّبِيْلَ ⑤

৫। অল্লাহনা শেমখিদে মী কনামতগী থবাক মনুংদা থম্মোই অনি; নত্রগা মহাকনা শেমখিদে নখোইগী নুপীশিংবু, মখোইদগী নখোইনা হন্দোকই নমানি হায়জিন্দুনা, নখোইগী (তশেংবা) নমাশিং ওইনা, নত্রগা মহাকনা শেমখিদে নখোইগী অয়োকপা নচা নিপাশিংবু (তশেংবা) নচা নিপাশিং ওইনা। মসি নখোইগী নচীনশিংনা অদুক ঙাঙ-শকপনি। তৌইগুম্বসুং অল্লাহদি (মতম লৈবা খিবিক্তা) অচুম্বা হায়বনি অমসুং মহাকনা লমজিংবি (অচুম্বা) লম্বীদা।

اُدْعُوْهُمْ لِاٰبَآئِهِمْ هُوَ اَقْسَطُ عِنْدَ اللّٰهِ ۚ فَاِنْ لَّمْ تَعْلَمُوْٓا اٰبَآءَهُمْ فَاِخْوَانُكُمْ فِي الدِّيْنِ وَمَوَالِيْكُمْ ۗ وَلَيْسَ عَلَيْكُمْ جُنَاحٌ فِيْمَآ اَخْطَاْتُمْ بِهٖ ۙ وَلٰكِنْ مَّا

৬। (হে অচুম্বা থাজবশিং!) কৌও মখোই (অয়োকপশিং)বু মমিংশিং পন্দুনা মখোইগী (তশেংবা) মপাশিংগী, মদুনা হেন্না চুম্বনি (অমসুং ফজবনি) অল্লাহগী মনাক্তা। তৌইগুম্বসুং নখোইনা খঙদ্রবদি মখোইগী মপাশিং, মতাং অদুদা মখোই নখোইগী নচিন ননাওশিংনি ধর্ম্মদা অমসুং নখোইগী মরূপশিংনি। অদুগা নখোইদা

تَعَمَّدَتْ قُلُوبُكُمْ ۚ وَكَانَ اللَّهُ غَفُورًا رَّحِيمًا ⑤

দোশ করিসু লৈতে নখোইনা লানখিবগীদমক্তি (করিগুম্বা অনীংবগী মখা পোন্দদুনা), তৌইগুম্বসুং নখোইগী পুকনিংনা নীংদুনা তৌখিবগীদি (নখোই দোশ ফংনিঙঙাইনি)। অদুগা অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

النَّبِيُّ أَوْلَىٰ بِالْمُؤْمِنِينَ مِنْ أَنفُسِهِمْ ۖ وَأَزْوَاجُهُ أُمَّهَاتُهُمْ ۗ وَأُولُو الْأَرْحَامِ بَعْضُهُمْ أَوْلَىٰ بِبَعْضٍ فِي كِتَابِ اللَّهِ مِنَ الْمُؤْمِنِينَ وَالْمُهَاجِرِينَ إِلَّا أَن تَفْعَلُوا إِلَىٰ أَوْلِيَائِكُم مَّعْرُوفًا ۚ كَانَ ذَٰلِكَ فِي الْكِتَابِ مَسْطُورًا ⑥

৭। নবীনা নক্লবা হেল্লি অচুম্বা থাজবশিংদা মখোই মশামক্তগী, অমসুং মহাক্কী মলিকহশিং মখোইগী মমাশিংগুম্বনি। অদুগা ঈ-মরী থোক্লবনা হেন্না নকশিন্নে অমগা অমগা, অল্লাহগী কিতাবকী মতুংইন্না, (অতৈ অতোপ্পা) অচুম্বা থাজবশিং-দগীসু (তেবাংবশিংদগীসু) অমসুং মযুম হোং-খ্রবশিংদগীসু, নত্তনা নখোইনা লূনা চান্না তৌই নখোইগী মরূপশিংদা। মসি(সু)ইখ্রবনি (অল্লাহগী) কিতাবদা।

وَإِذْ أَخَذْنَا مِنَ النَّبِيِّينَ مِيثَاقَهُمْ وَمِنكَ وَمِن نُّوحٍ وَإِبْرَاهِيمَ وَمُوسَىٰ وَعِيسَى ابْنِ مَرْيَمَ ۖ وَأَخَذْنَا مِنْهُم مِّيثَاقًا غَلِيظًا ⑦

৮। অদুগা (নীংশিঙু) ঐখোইনা লৌখি নবীশিংদগী মখোইগী রাশক, অমসুং নংঙোন্দগী, অমসুং নূহদগী, অমসুং ইব্রাহীমদগী, অমসুং মুসাদগী, অমসুং ঈসা মরয়মগী মচা নিপাদগী অমসুং ঐখোইনা (তশেংবমক) লৌখি মখোইদগী অচেৎপা রাশক ;

لِّيَسْأَلَ الصَّادِقِينَ عَن صِدْقِهِمْ ۚ وَأَعَدَّ لِلْكَافِرِينَ عَذَابًا أَلِيمًا ⑧

৯। অদুনা (অল্লাহনা) রা হংনবগী, অচুম্বা শকপান্নবশিংদা মখোইগী অচুম্বা রাফমগী মরমদা। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী দমক মহাকনা থৌরাং তৌবিখ্রে অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

২ শুবা রুকূ

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا اذْكُرُوا نِعْمَةَ اللَّهِ عَلَيْكُمْ إِذْ جَاءَتْكُمْ جُنُودٌ فَأَرْسَلْنَا عَلَيْهِمْ رِيحًا وَجُنُودًا لَّمْ تَرَوْهَا ۚ وَكَانَ اللَّهُ بِمَا تَعْمَلُونَ بَصِيرًا ⑨

১০। হে অচুম্বা থাজবশিং! নীংশিঙু অল্লাহগী থৌজাল নখোইগী নথক্তা মতমদুমক্তদা লান্মী ময়াম লাকখিবদা নখোইগী মায়োক্তা, অমসুং ঐখোইনা থাবিখি মখোইগী মায়োক্তা, নুংশিৎ অমা অমসুং লান্মী ময়াম নখোইনা উবা ফংখিদবা। অদুগা অল্লাহনা (মতম লৈবা খিবিক্তা) উই নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

إِذْ جَاءُوكُم مِّن فَوْقِكُمْ وَمِنْ أَسْفَلَ مِنكُمْ وَإِذْ زَاغَتِ الْأَبْصَارُ وَبَلَغَتِ الْقُلُوبُ الْحَنَاجِرَ وَتَظُنُّونَ بِاللَّهِ الظُّنُونَا ﴿١١﴾

১১। মখোইনা লাকখিবদা নখোইগী নথক্তগী, অমসুং নখোইগী মখাদগী, অমসুং মতমদুদা নখোইগী নমিৎশিং ককঙাওনখি, অমসুং নখোইগী থম্মোইশিং কাখৎখি খৌরী য়ৌনা, অমসুং নখোইনা খনখি (তোঙান-তোঙানবা) ৱাখলশিং অল্লাহগী মরমদা।

هُنَالِكَ ابْتُلِيَ الْمُؤْمِنُونَ وَزُلْزِلُوا زِلْزَالًا شَدِيدًا ﴿١٢﴾

১২। অদুগী মতমদা অচুম্বা থাজবশিংবু (অকনবা) চাং য়েংবিখি অমসুং মখোইবু (তুজুং মিপাইহন্দুনা) চেংখৈ য়াংকোক্লনা থক-থক নীকহনবিখি।

وَإِذْ يَقُولُ الْمُنَافِقُونَ وَالَّذِينَ فِي قُلُوبِهِم مَّرَضٌ مَّا وَعَدَنَا اللَّهُ وَرَسُولُهُ إِلَّا غُرُورًا ﴿١٣﴾

১৩। অদুগা (নীংশিঙগু) ঈমান চেংজঙবশিং অমসুং মথম্মোইনুংশিংদা অনাবা পকপশিংনা হায়খিঃ "অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলনা রাশকপিখিবদু ঐখোইদা করিমতা ওইরমদ্রে ঠোগ তৌবা নত্তনা।"

وَإِذْ قَالَت طَّائِفَةٌ مِّنْهُمْ يَا أَهْلَ يَثْرِبَ لَا مُقَامَ لَكُمْ فَارْجِعُوا ۚ وَيَسْتَأْذِنُ فَرِيقٌ مِّنْهُمُ النَّبِيَّ يَقُولُونَ إِنَّ بُيُوتَنَا عَوْرَةٌ وَمَا هِيَ بِعَوْرَةٍ ۖ إِن يُرِيدُونَ إِلَّا فِرَارًا ﴿١٤﴾

১৪। অদুগা মখোইগী মরক্তগী খুৎপু অমনা হায়খিঃ "হো য়সরিব (মদীনহ)দা লৈবা মীশিং! নখোইগী লৈতে মফম খুদোংথীবা লৈতবা (মফম অসিদা), মরমদুনা তুং হন্দোকখ্রো।" অদুগা মখোইগী শরুক অমনা (করি হায়রুনি) নীজখি নবীগীময়াথং (অসি হায়দুনা)ঃ "ঐখোইগী ইয়ুম-ইকৈশিং লংথোকলে," তৌইগুম্বসুং মখোই (গী ময়ুম-মকৈশিং) লংথোকলমদে (অমসুং ঙাকপিখিদবসু নত্তে)। মখোই থোইনমক চেন্নীংলম্মী।

وَلَوْ دُخِلَتْ عَلَيْهِم مِّنْ أَقْطَارِهَا ثُمَّ سُئِلُوا الْفِتْنَةَ لَآتَوْهَا وَمَا تَلَبَّثُوا بِهَا إِلَّا يَسِيرًا ﴿١٥﴾

১৫। অদুগা (য়েক্লবশিং) করিগুম্বা চঙলমলবদি (মদীনহদা) অকোয়বদা লৈবা মফমশিংদগী অমসুং মখোইবু লান হৌনবগী (মুসলিমশিংগী মথক্তা) হায়রমলবদি, মখোই (খুদক্তা) তৌরম-গনি মদু (নুংঙাইতবা অমসুং কল্লকপা মৈরি খোঙনেৎননা) অমসুং মখোই ইপনবু পন্থরমলোই (ময়ুমশিংদা) ঙাইহক্তং নত্তনা।

وَلَقَدْ كَانُوا عَاهَدُوا اللَّهَ مِنْ قَبْلُ لَا يُوَلُّونَ الْأَدْبَارَ ۚ وَكَانَ عَهْدُ اللَّهِ مَسْئُولًا ﴿١٦﴾

১৬। অদুগা তশেংবমক মখোই হান্নবা ৱাশক তৌখ্রবনি অল্লাহদা মদুদি মখোই তুং হন্দোক-লোই। তৌইগুম্বসুং অল্লাহদা তৌখিবা ৱাশক শোয়দনমক পাওখুম পীরুবা তাই(শিবদগী অমুক হিংগৎহনবা নুমিত্তা)।

قُلْ لَنْ يَنْفَعَكُمُ الْفِرَارُ إِنْ فَرَرْتُمْ مِنَ الْمَوْتِ أَوِ الْقَتْلِ وَإِذًا لَا تُمَتَّعُونَ إِلَّا قَلِيلًا ﴿١٧﴾

১৭। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ "চেনবনা করিসু কান্নবা ওইরোই নখোইদা, করিগুম্বা নখোইনা চেল্লবদি শিগদৌবদগী নত্রগা হাৎখিগদৌবদগী (অল্লাহগী মহাকথংদগী) ; তৌইগুম্বসুং (মওং মতাদুদা) নখোইনা নুংঙাইগদৌবসে মতম খরতনি।"

قُلْ مَنْ ذَا الَّذِي يَعْصِمُكُمْ مِنَ اللَّهِ إِنْ أَرَادَ بِكُمْ سُوءًا أَوْ أَرَادَ بِكُمْ رَحْمَةً ۚ وَلَا يَجِدُونَ لَهُمْ مِنْ دُونِ اللَّهِ وَلِيًّا وَلَا نَصِيرًا ﴿١٨﴾

১৮। (নং অমুকহন্না) হায়য়ু ঃ "কনানা থিংবা ঙমগনি নখোইবু অল্লাহদগী, মহাকনা মাঙহনবিগে নীংলবদা নখোইবু নত্রগা মহাকনা থৌজালবিগে নীংলবদা নখোইবু ? অদুগা মখোইনা ফংলোই মখোইগীদমক্তা অল্লাহদগী হেন্দোকপা মরূপ নত্রগা তেংবাংবিনবা কনামতা (মখোইগী অরা-অনৎ মতমদা)।

قَدْ يَعْلَمُ اللَّهُ الْمُعَوِّقِينَ مِنْكُمْ وَالْقَائِلِينَ لِإِخْوَانِهِمْ هَلُمَّ إِلَيْنَا ۖ وَلَا يَأْتُونَ الْبَأْسَ إِلَّا قَلِيلًا ﴿١٩﴾

১৯। তশেংবমক অল্লাহনা খঙই নখোইগী মরক্তা মখোইদু — মখোইনা থিংই (মীশিংবু রসুলগী তুং ইনবদগী) অমসুং হায় মখোইগী মচিন মনাও-শিংদা ঃ "লাকও ঐখোইরোমদা ;" অমসুং মখোই মশামক্তি লাক্তে লান্দা খরা নত্তনা,

أَشِحَّةً عَلَيْكُمْ ۖ فَإِذَا جَاءَ الْخَوْفُ رَأَيْتَهُمْ يَنْظُرُونَ إِلَيْكَ تَدُورُ أَعْيُنُهُمْ كَالَّذِي يُغْشَىٰ عَلَيْهِ مِنَ الْمَوْتِ ۖ فَإِذَا ذَهَبَ الْخَوْفُ سَلَقُوكُمْ بِأَلْسِنَةٍ حِدَادٍ أَشِحَّةً عَلَى الْخَيْرِ ۚ أُولَٰئِكَ لَمْ يُؤْمِنُوا فَأَحْبَطَ اللَّهُ أَعْمَالَهُمْ ۚ وَكَانَ ذَٰلِكَ عَلَى اللَّهِ يَسِيرًا ﴿٢٠﴾

২০। অরীকপা কুপশু ওইদুনা (তেংবাংবদা) নখোইদা। তৌইগুম্বসুং অকিবা অমা থোকলবদি (মখোইদা), নংনা উগনি মখোই য়েংদুনা লৈবা নংঙোন্দা (মতেংগী) মমিৎশিং উরু-উরু লৈদুনা কনাগুম্বা মীনা শিগদবগী ৱান্থবগুম। তৌইগুম্বসুং অকিবদু চৎখ্রবদা, মখোইনা চৈ-থাংগনি নখোইবু মরৈতোনশিং থৌনা (লান্দা ফংহৌবা) লন-থুমগী। মখোইসে কদৌঙেদসু অচুম্বা থাজদে (অওন-অওন চাবা মীশিংনি) ; মরমদুনা অল্লাহনা করিসু কান্নহনবিরোই মখোইগী থবকশিং ; অমসুং মদু তরায়বা থবকনি অল্লাহদা।

يَحْسَبُوْنَ الْاَحْزَابَ لَمْ يَذْهَبُوْا ۚ وَ اِنْ يَّاْتِ الْاَحْزَابُ يَوَدُّوْا لَوْ اَنَّهُمْ بَادُوْنَ فِي الْاَعْرَابِ يَسْاَلُوْنَ عَنْ اَنْۢبَآئِكُمْ ۗ وَلَوْ كَانُوْا فِيْكُمْ مَّا قٰتَلُوْٓا اِلَّا قَلِيْلًا ۝٢٠

২০। মখোইনা রাখল তৌখি মীচং তিন্নখিবশিংনা হৌজিক ফাওবা হন্দোকখিরোই; অমসুং মীচং তিন্নখিবশিংনা করিগুম্বা (অমুকহন্না) লাকলবদি, মখোই লৈনীংগনি মরুভূমিদা কোয়চৎ-চত্তুনা লৈবা অরবী কাঙলুপকী মরক্তা, হং-থিদুনা নখোইগী মরমদা। অদুগা মখোইনা করিগুম্বা লৈরমলবদি নখোইগী মরক্তা, মখোই লান করিমতা তৌরমলোইহ, তৌশন-উৎশন্নবা নত্তনা।

৩ শুবা রুকূ

لَقَدْ كَانَ لَكُمْ فِيْ رَسُوْلِ اللّٰهِ اُسْوَةٌ حَسَنَةٌ لِّمَنْ كَانَ يَرْجُوا اللّٰهَ وَالْيَوْمَ الْاٰخِرَ وَذَكَرَ اللّٰهَ كَثِيْرًا ۝٢١

২১। থাঙ্গৈশেংবমক, নখোইনা ফংই অল্লাহগী রসুলদা খ্বাইদগী হেন্না ফবা ফিদম অমা, অদুগুম্বা মীতাগী মহাকনা আশা তৌজে অল্লাহ অমসুং অরোয়বা নুমিত্তা, অমসুং য়াম্না নীংশিঙজে অল্লাহবু।

وَلَمَّا رَاَ الْمُؤْمِنُوْنَ الْاَحْزَابَ ۙ قَالُوْا هٰذَا مَا وَعَدَنَا اللّٰهُ وَرَسُوْلُهٗ وَصَدَقَ اللّٰهُ وَرَسُوْلُهٗ ۫ وَمَا زَادَهُمْ اِلَّآ اِيْمَانًا وَّتَسْلِيْمًا ۝٢٢

২২। অদুগা অচুম্বা থাজবশিংনা উখিবা মতমদা মীচং তিন্নখিবশিংবু, মখোইনা হায়খিঃ "মসি অল্লাহনা অমসুং মহাক্কী রসুলনা ৱাশকপিখিবা অদুনি ঐখোইদা; অমসুং অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলনা হায়বিখি অচুম্বা।" অদুগা মদুনা হেনগৎহনবদা মখোকখি মখোইগী থাজবা অমসুং (মশা) কখোকপা।

مِنَ الْمُؤْمِنِيْنَ رِجَالٌ صَدَقُوْا مَا عَاهَدُوا اللّٰهَ عَلَيْهِ ۚ فَمِنْهُمْ مَّنْ قَضٰى نَحْبَهٗ وَمِنْهُمْ مَّنْ يَّنْتَظِرُ ۖ وَمَا بَدَّلُوْا تَبْدِيْلًا ۝٢٣

২৩। অচুম্বা থাজবশিংগী মরক্তা অসিগুম্বা মীওইশিং য়াওরি মখোইনা চুম্না তৌই মখোইনা তৌখিবা করারদু অল্লাহদা। মখোইগী মরক্তা খরনা পাংথোকখ্রে মখোইগী ৱাশক অমসুং খরনা ঙাইরি (হৌজিক ফাওবা), অমসুং মখোইনা হোংদে (মখোইগী ফিবম) খজিক্তং ফাওবা।

لِّيَجْزِيَ اللّٰهُ الصّٰدِقِيْنَ بِصِدْقِهِمْ وَيُعَذِّبَ الْمُنٰفِقِيْنَ اِنْ شَآءَ اَوْ يَتُوْبَ عَلَيْهِمْ ۗ اِنَّ اللّٰهَ كَانَ غَفُوْرًا رَّحِيْمًا ۝٢٤

২৪। অদুনা অল্লাহনা পীবিবা য়াই মনা-মথিন অচুম্বা শকপান্নবশিংবু মখোইগী অচুম্বগীদমক, অমসুং চৈরাক থাবিরা য়াই মতাৎ তৌবা মীশিংবু, মহাকনা তৌবিনীলংবদি, নত্ত্রগা ওনশনবিবসু য়াই মখোইদা (ঙাকপিহৈবগা লোয়ননা)। তশেংবমক অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَرَدَّ اللّٰهُ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا بِغَيْظِهِمْ لَمْ يَنَالُوْا خَيْرًا ۚ وَكَفَى اللّٰهُ الْمُؤْمِنِيْنَ الْقِتَالَ ۚ وَكَانَ اللّٰهُ قَوِيًّا عَزِيْزًا ﴿٢٥﴾

২৬। অদুগা অল্লাহনা হন্দোকহনবিখ্রে (মীচং তিন্নখিবা) লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু মখোইগী অশাউবা ফ্রং হায়গৎলকপদা (মুসলিমশিংবু লাকশিনবা ঙমদবদগী); মখোই ফংখিদে অফবা করিসু। অদুগা অল্লাহনা ওকলে (ঙাকপিবা ওইবদা) থাজবশিংগী মখোইগী লান শোক্লবদা; অমসুং অল্লাহদি শক্তি লৌবনি, পাঙ্গলবনি।

وَاَنْزَلَ الَّذِيْنَ ظَاهَرُوْهُمْ مِّنْ اَهْلِ الْكِتٰبِ مِنْ صَيَاصِيْهِمْ وَقَذَفَ فِيْ قُلُوْبِهِمُ الرُّعْبَ فَرِيْقًا تَقْتُلُوْنَ وَتَاْسِرُوْنَ فَرِيْقًا ﴿٢٦﴾

২৭। অদুগা মহাকনা হোইদোকপিরকখি (মীচং তিন্নখিবশিং) মখোইবু তেংবাংবিখিবা (হান্না) কিতাব ফংখিবশিংবু মখোইগী কিল্লাশিংদগী, অমসুং অকিবা ফাওহনবিখি মখোইগী মথম্মোইশিংদা। মখোই খরবু নখোইনা হাৎপিখি অমসুং অতোপ্পা খরবুনা নখোইনা ফাজিনবিখি বন্দী ওইনা।

وَاَوْرَثَكُمْ اَرْضَهُمْ وَدِيَارَهُمْ وَاَمْوَالَهُمْ وَاَرْضًا لَّمْ تَطَـُٔوْهَا ۚ وَكَانَ اللّٰهُ عَلٰى كُلِّ شَیْءٍ قَدِيْرًا ﴿٢٧﴾ ع

২৮। অদুগা অল্লাহনা স্বত্ব ফংহনবিখি নখোইবু মখোইগী লম অমসুং মখোইগী ময়ুম-মকৈশিং অমসুং মখোইগী মরন-মথুম, অমসুং (অদুগী মথক্তা) লম অমা মদুগী মথক্তা নখোইনা নখোঙনা নেৎখিদরিবা। অল্লাহদি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

يٰۤاَيُّهَا النَّبِيُّ قُلْ لِّاَزْوَاجِكَ اِنْ كُنْتُنَّ تُرِدْنَ الْحَيٰوةَ الدُّنْيَا وَزِيْنَتَهَا فَتَعَالَيْنَ اُمَتِّعْكُنَّ وَاُسَرِّحْكُنَّ سَرَاحًا جَمِيْلًا ﴿٢٨﴾

২৯। হে নবী! হায়য়ু নংগী মলিকহশিংদা: "নখোইনা পেন্নাইদনা পামলবদি তাইবঙ-পুন্সি অমসুং মাগী অকে-অমৌ, লাকও, ঐনা পীবিগনি নখোইদা নুংঙাইবগী ফিবম অমসুং থাদোকপিগনি য়াম্না ফজবা মওংদা।

وَاِنْ كُنْتُنَّ تُرِدْنَ اللّٰهَ وَرَسُوْلَهٗ وَالدَّارَ الْاٰخِرَةَ فَاِنَّ اللّٰهَ اَعَدَّ لِلْمُحْسِنٰتِ مِنْكُنَّ اَجْرًا عَظِيْمًا ﴿٢٩﴾

৩০। "তৌইগুম্বসুং নখোইনা পামলবদি অল্লাহ(না য়াবিবা) অমসুং মহাক্কী রসুল (গী লমজিং) অমসুং শিরবা মতুংগী (নুংঙাইবা) য়ুম, অল্লাহনা তশেংবমক থৌরাং তৌবিখ্রে নখোইগী মরক্তগী অফবা লম্বীনবশিংগীদমক অচৌবা মনা-মথিন।"

يٰنِسَآءَ النَّبِيِّ مَنْ يَّاْتِ مِنْكُنَّ بِفَاحِشَةٍ مُّبَيِّنَةٍ

৩১। হো নবীগী মলিকহশিং! নখোই কনাগুম্বনা (পুকনিংগী ঈথক ঈপোমদা তাওদুনা) হৌনবী

يُضٰعَفْ لَهَا الْعَذَابُ ضِعْفَيْنِ ۚ وَكَانَ ذٰلِكَ عَلَى اللّٰهِ يَسِيرًا ﴿٣٠﴾

লমচৎ কায়বা থবক তশেং-তশেংনা তৌরবদি, মাবু থাবিগনি চৈরাক পোৎমা; অমসুং মদু তরায়বা থবকনি অল্লাহদা।

সিপারহ ২২ ঃ ৱমৈ যকনুত

وَمَنْ يَقْنُتْ مِنْكُنَّ لِلّٰهِ وَرَسُولِهِ وَتَعْمَلْ صَالِحًا نُؤْتِهَا أَجْرَهَا مَرَّتَيْنِ وَأَعْتَدْنَا لَهَا رِزْقًا كَرِيمًا ﴿٣١﴾

৩২। তৌইগুম্বসুং নখোই কনাগুম্বনা য়াথং ইল্লবদি অল্লাহগী অমসুং মহাক্কী রসুলগী অমসুং তৌরবদি অফবা, ঐখোইনা পীবিগনি মহাকপু মনা-মথিন পোৎমা; অমসুং ঐখোইনা থৌৰাং তৌবিখ্রে মহাক্কীদমক ঈকাইখুম্নবগী চিঞ্জাক।

يٰنِسَاءَ النَّبِيِّ لَسْتُنَّ كَأَحَدٍ مِنَ النِّسَاءِ إِنِ اتَّقَيْتُنَّ فَلَا تَخْضَعْنَ بِالْقَوْلِ فَيَطْمَعَ الَّذِي فِي قَلْبِهِ مَرَضٌ وَقُلْنَ قَوْلًا مَعْرُوفًا ﴿٣٢﴾

৩৩। হে নবীগী মলিকহশিং! নখোইদি অতৈ নুপীশিংগুম্বা নত্তে। নখোইনা ধর্ম্ম কায়দবী ওইরবদি, (মীরানগা) ৱা ঙাঙ্লবদা তরোৎ-খদানবা তৌগনু, নত্ত্রবদি মথম্মোইদা অনাবা লৈবা মীনা খৌরাংবা পোকখিগনি; অমসুং (মী পুম্নমক্তা) ৱা ঙাঙবা হৌন-লীচৎ কায়গনু।

وَقَرْنَ فِي بُيُوتِكُنَّ وَلَا تَبَرَّجْنَ تَبَرُّجَ الْجَاهِلِيَّةِ الْأُولَىٰ ۖ وَأَقِمْنَ الصَّلَاةَ وَآتِينَ الزَّكَاةَ وَأَطِعْنَ اللّٰهَ وَرَسُولَهُ ۚ إِنَّمَا يُرِيدُ اللّٰهُ لِيُذْهِبَ عَنْكُمُ الرِّجْسَ أَهْلَ الْبَيْتِ وَيُطَهِّرَكُمْ تَطْهِيرًا ﴿٣٣﴾

৩৪। অদুগা লৈযু নয়ুমশিংদা (লূ-হেন্না) অমসুং (ফজবা নশকফম) উখোক্কনু মমাংঙৈ পঙলিঙৈগী মতমদা উখোকপা পামখিগুম্বনা, অমসুং নমাজ তৌ অমসুং জকাত পীযু অমসুং য়াথং ইল্লু অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলগী। তশেংবমক অল্লাহনা পাম্মি লৌথোকপিবা লূদবা (পুম্নমক) নখোইদগী—হে নবীগী ইমুংগী মীশিং! অমসুং পুমশেং শেংদোকপিবা নখোইবু।

وَاذْكُرْنَ مَا يُتْلَىٰ فِي بُيُوتِكُنَّ مِنْ آيَاتِ اللّٰهِ وَالْحِكْمَةِ ۚ إِنَّ اللّٰهَ كَانَ لَطِيفًا خَبِيرًا ﴿٣٤﴾

৩৫। অদুগা নীংশিঙঙু নয়ুমদা তাহল্লিবা অল্লাহগী পাওজেনশিং অমসুং মহে-মশিং (নবীগী মচীন্দগী)। তশেংবমক অল্লাহদি য়াম্না উশিনবনি, ইখঙ-খঙবনি।

৫ শুবা রুকূ

إِنَّ الْمُسْلِمِينَ وَالْمُسْلِمَاتِ وَالْمُؤْمِنِينَ وَالْمُؤْمِنَاتِ وَالْقَانِتِينَ وَالْقَانِتَاتِ وَالصَّادِقِينَ وَالصَّادِقَاتِ وَ

৩৬। তশেংবমক অল্লাহদা) চঙজবা নিপাশিং অমসুং (মঙোন্দা) চঙজবা নুপীশিং, অমসুং অচুম্বা থাজবা নিপাশিং অমসুং অচুম্বা থাজবী নুপীশিং, অমসুং হায়বা ইনবা নিপাশিং অমসুং হায়বা ইনবা

الصّٰبِرِيْنَ وَالصّٰبِرٰتِ وَالْخٰشِعِيْنَ وَالْخٰشِعٰتِ وَالْمُتَصَدِّقِيْنَ وَالْمُتَصَدِّقٰتِ وَالصَّآئِمِيْنَ وَالصّٰٓئِمٰتِ وَالْحٰفِظِيْنَ فُرُوْجَهُمْ وَالْحٰفِظٰتِ وَالذّٰكِرِيْنَ اللّٰهَ كَثِيْرًا وَّالذّٰكِرٰتِ اَعَدَّ اللّٰهُ لَهُمْ مَّغْفِرَةً وَّاَجْرًا عَظِيْمًا ﴿٣٥﴾

নুপীশিং, অমসুং অখাংকনবা নিপাশিং অমসুং অখাংকনবী নুপীশিং, অমসুং নোঙ্লুকপা নিপাশিং অমসুং নোঙ্লুকপী নুপীশিং, অমসুং দান পীবা নিপাশিং অমসুং দান পীবা নুপীশিং, অমসুং রোজহ তৌবা নিপাশিং অমসুং রোজহ তৌবা নুপীশিং, অমসুং ঈকাই ফিজোন শেন্নবা নিপাশিং অমসুং ঈকাই ফিজোন শেন্নবী নুপীশিং, অমসুং অল্লাহবু য়াম্না নীংশিঙবা নিপাশিং অমসুং (মহাকপু) নীংশিঙবা নুপীশিং— অল্লাহনা থৌরাং তৌবিখ্রে মখোইগীদমক অয়োন-অরান কোকপিবা অমসুং অচৌবা মনা-মথিন।

وَمَا كَانَ لِمُؤْمِنٍ وَّلَا مُؤْمِنَةٍ اِذَا قَضَى اللّٰهُ وَرَسُوْلُهٗٓ اَمْرًا اَنْ يَّكُوْنَ لَهُمُ الْخِيَرَةُ مِنْ اَمْرِهِمْ ۗ وَمَنْ يَّعْصِ اللّٰهَ وَرَسُوْلَهٗ فَقَدْ ضَلَّ ضَلٰلًا مُّبِيْنًا ﴿٣٦﴾

৩৭। অদুগা মসি মতিকচাদে (অচুম্বা) থাজবা নিপা অমগী নত্ত্রগা থাজবী নুপী অমগী, অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলনা ৱারেপ তাবিখ্রবদা করিগুম্বা থবক অমগী, খন্দোক খনজিন তৌবা মখোইগী থবক্তা। কনাগুম্বনা হায়বা ইন্দ্রবদি অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুল (গী ময়াথং), থাঙ্গেশেংবমক শেরাম্ননা চখোকখ্রবনি তশেং-তশেংনা অরানবদা।

وَاِذْ تَقُوْلُ لِلَّذِيْٓ اَنْعَمَ اللّٰهُ عَلَيْهِ وَاَنْعَمْتَ عَلَيْهِ اَمْسِكْ عَلَيْكَ زَوْجَكَ وَاتَّقِ اللّٰهَ وَتُخْفِيْ فِيْ نَفْسِكَ مَا اللّٰهُ مُبْدِيْهِ وَتَخْشَى النَّاسَ ۚ وَاللّٰهُ اَحَقُّ اَنْ تَخْشٰىهُ ۗ فَلَمَّا قَضٰى زَيْدٌ مِّنْهَا وَطَرًا زَوَّجْنٰكَهَا لِكَيْ لَا يَكُوْنَ عَلَى الْمُؤْمِنِيْنَ حَرَجٌ فِيْٓ اَزْوَاجِ اَدْعِيَآئِهِمْ اِذَا قَضَوْا مِنْهُنَّ وَطَرًا ۗ وَكَانَ اَمْرُ اللّٰهِ مَفْعُوْلًا ﴿٣٧﴾

৩৮। অদুগা (নীংশিঙঙু) নংনা হায়বিখিবদা অল্লাহনা চানবিখ্রবা অমসুং নংনসু লূনা-চান্না তৌবিখ্রবা মঙোন্দা ঃ "থমখো নংগী নুপী অমসুং কিখু অল্লাহবু।" অদুম ওইনমক নংনা (চেৎনা) লোৎশিল্লম্মী নংগী (অনীংবদু) নথম্মোইনুংদা অল্লাহনা ফোংদোকপিরক্কদবদু, মরমদি নংনা কিরম্মী মীশিংবু, তৌইগুম্বসুং অল্লাহবু কিবনা হেন্না অচুম্বা ওইরমগনি। অদুগী তুংদা জৈদনা ককথৎখ্রবা মতমদা মহাক্কা লৈনবা মরী, ঐখোইনা পীখি মাবু নংঙোন্দা লুহোংদুনা, অদুনা (মতম অদুদগী হৌনা) অচুম্বা থাজবশিংদা অথিংবা লৈতনবা (লুহোংদুনা লৌবদা) মখোইগী অয়োকপা মচা নিপাশিংগী নুপীশিং, মখোইনা (লৈনবা মরী) চপচাবা মওংদা থদৎনরবা মতমদা। অদুগা অল্লাহগী হুকুম পাংথোক্কদবনি (মতম-পুন্বদা)।

مَا كَانَ عَلَى النَّبِيِّ مِنْ حَرَجٍ فِيمَا فَرَضَ اللَّهُ لَهُ سُنَّةَ اللَّهِ فِي الَّذِينَ خَلَوْا مِنْ قَبْلُ وَكَانَ أَمْرُ اللَّهِ قَدَرًا مَقْدُورًا ﴿٣٨﴾

৩৯। দোশ তৌনঙাই করিসু লৈতে নবীদা মদুগী মরমদা করিনা হায়ববু অল্লাহনা য়াথংনবিখিবনি মহাকপু (মদু তৌনবগী)। অসিগুম্না তৌখি অল্লাহগী চৎনবী মতৌ মহাক্কী মমাংদা হৌখিবা মখোইদসু (অয়োকপা মচা নিপ্যগী নুপীগী মরমদা)। অদুগা অল্লাহগী হুকুমদি চপচানা লেপত্রবনি।

الَّذِينَ يُبَلِّغُونَ رِسَالَاتِ اللَّهِ وَيَخْشَوْنَهُ وَلَا يَخْشَوْنَ أَحَدًا إِلَّا اللَّهَ وَكَفَىٰ بِاللَّهِ حَسِيبًا ﴿٣٩﴾

৪০। (মসি চৎনবীনি মখোইদুগী) মখোইনা লাউথোকখি পাওজেনশিং অল্লাহগী অমসুং কিনা তৌখি মহাকপু, অমসুং কিখিদে কনামতবু অল্লাহ নত্তনা। অদুগা অল্লাহনা মতিক ওকপনি (নখোইবু) হিসাব লৌবদা।

مَا كَانَ مُحَمَّدٌ أَبَا أَحَدٍ مِنْ رِجَالِكُمْ وَلَٰكِنْ رَسُولَ اللَّهِ وَخَاتَمَ النَّبِيِّينَ وَكَانَ اللَّهُ بِكُلِّ شَيْءٍ عَلِيمًا ﴿٤٠﴾

৪১। (হে মীওইবশিং!) মুহম্মদসে মপা নত্তে নখোই মী কনামতগী, তৌইগুম্বসুং মহাক রসুলনি অল্লাহগী অমসুং শীল মোহরনি নবীশিংগী। অদুগা অল্লাহদি অখঙবনি পোৎ পুম্নমক্কী।

৬ শুবা রুকূ

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا اذْكُرُوا اللَّهَ ذِكْرًا كَثِيرًا ﴿٤١﴾

৪২। হে অচুম্বা থাজবশিং! নীংশিঙু অল্লাহবু য়াম্না,

وَسَبِّحُوهُ بُكْرَةً وَأَصِيلًا ﴿٤٢﴾

৪৩। অমসুং ঈকাইখুম্ননা থাগৎচৌ মহাকপু অয়ুক অমসুং নুমিদাংরাইদা।

هُوَ الَّذِي يُصَلِّي عَلَيْكُمْ وَمَلَائِكَتُهُ لِيُخْرِجَكُمْ مِنَ الظُّلُمَاتِ إِلَى النُّورِ وَكَانَ بِالْمُؤْمِنِينَ رَحِيمًا ﴿٤٣﴾

৪৪। মহাকননি থাবিরিবা থৌজাল নখোইগী নথক্তা, অমসুং মহাক্কী স্বর্গ দূতশিংনসু (অদুম্না তৌই), অদুনা মহাকনা পুথোকপিরক্নবা নখোইবু অমম্বদগী অঙানবদা। অদুগা মহাক্তি নুংশিহৈবনি অচুম্বা থাজবশিংদা।

تَحِيَّتُهُمْ يَوْمَ يَلْقَوْنَهُ سَلَامٌ وَأَعَدَّ لَهُمْ أَجْرًا كَرِيمًا ﴿٤٤﴾

৪৫। মখোইগী ওকপগী রাহে নুমিৎ অদুদা মখোইনা উনবদা মহাক্কা "সলাম" হায়গনি। অদুগা মহাকনা শেম শাদুনা থম্বিখ্রে মখোইগী-দমক্তা ঈকাইখুম্নবগী মশক ওইবা মনা-মথিন (স্বর্গ-লৈকোনশিংদা)।

يَا أَيُّهَا النَّبِيُّ إِنَّا أَرْسَلْنَاكَ شَاهِدًا وَمُبَشِّرًا وَ

৪৬। হে নবী! ঙশেংবমক ঐখোইনা থাবিখি নংবু

نَذِيرًا ۝

(১) সাক্ষী অমা ওইনা, অমসুং (২)হরাওবা পাও পুবা অমা ওইনা, অমসুং (৩) চেকশনহন্নবগী পাওমেনবা অমা ওইনা,

وَدَاعِيًا إِلَى اللَّهِ بِإِذْنِهِ وَسِرَاجًا مُّنِيرًا ۝

৪৭। অমসুং (৪) অকৌবা অমা ওইনা অল্লাহগী মায়কৈদা মহাক্কী ময়াথংনা, অমসুং (৫) অরংবা-মঙাল-পীবা থাওমৈ অমা ওইনা।

وَبَشِّرِ الْمُؤْمِنِينَ بِأَنَّ لَهُم مِّنَ اللَّهِ فَضْلًا كَبِيرًا ۝

৪৮। অদুগা লাউথোকও অচুম্বা থাজবশিংদা হরাওবা পাওজেন মদুদি মখোই ফংগনি অচৌবা থৌজাল অল্লাহদগী।

وَلَا تُطِعِ الْكَافِرِينَ وَالْمُنَافِقِينَ وَدَعْ أَذَاهُمْ وَتَوَكَّلْ عَلَى اللَّهِ وَكَفَىٰ بِاللَّهِ وَكِيلًا ۝

৪৯। অদুগা হায়বা ইনগনু লমফৈ-খোঙফম্ফ-বশিং অমসুং মতাৎ তৌবশিংগী, অমসুং থৌওই-রাওইশিনগনু মখোইগী য়েংথী-চাওবা রাঙাঙদা অমসুং নং আশা তৌ অল্লাহদা; মরমদি অল্লাহনা ওকলে ঙাকপিবা ওইবনা।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا إِذَا نَكَحْتُمُ الْمُؤْمِنَاتِ ثُمَّ طَلَّقْتُمُوهُنَّ مِن قَبْلِ أَن تَمَسُّوهُنَّ فَمَا لَكُمْ عَلَيْهِنَّ مِنْ عِدَّةٍ تَعْتَدُّونَهَا ۖ فَمَتِّعُوهُنَّ وَسَرِّحُوهُنَّ سَرَاحًا جَمِيلًا ۝

৫০। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোইনা লুহোংলগা অচুম্বা থাজবী নুপীশিংবু, অদুগী তুংদা খায়নরবদি মখোইবু নখোইনা মশা শোক্তরিঙৈদা মখোইবু, অদু ওইরবদি 'অকক্লবা মতম' থমনিঙঙাই থোক্তে মখোইগী মথক্তা (অতে নুপীশিংদি থা অহুম ঈমাংবা ঙাইগদবনি)। মরমদুনা পীখো মখোইদা খরচ খরা অমসুং থাদোকপিখো মখোইবু য়াম্না ফজবা মওংদা।

يَا أَيُّهَا النَّبِيُّ إِنَّا أَحْلَلْنَا لَكَ أَزْوَاجَكَ اللَّاتِي آتَيْتَ أُجُورَهُنَّ وَمَا مَلَكَتْ يَمِينُكَ مِمَّا أَفَاءَ اللَّهُ عَلَيْكَ

وَبَنَاتِ عَمِّكَ وَبَنَاتِ عَمَّاتِكَ وَبَنَاتِ خَالِكَ وَبَنَاتِ خَالَاتِكَ اللَّاتِي هَاجَرْنَ مَعَكَ وَامْرَأَةً مُّؤْمِنَةً إِن

৫১। হে নবী! তশেংবমক ঐখোইনা 'হলাল' (আইন্নায়াবা) ওইহল্লি নংঙোন্দা নংগী মলিকহশিং নংনা মঙ্গত পীখ্রবদু মখোইগী, অমসুং (মীনাই-নুবীশিং) নংগী নখুৎ য়েৎনা পায়রিবশিং মখোইদু অল্লাহনা পীবিখি নংঙোন্দা লানগী বন্দী ওইনা, অমসুং নংগী নখুরা অমদি নপলগী মচা নুপীশিং, অমসুং নংগী পংথৌগী মচে-মচলগী মচা নুপীশিং, অমসুং নংগী পল্লেমগী মবুং মপুরাগী মচা নুপীশিং, অমসুং নংগী পল্লেমগী মচে- মনাওগী মচা নুপীশিং (মক্কহদগী) যুম হোংলকখিবা নংগা লোয়ননা, অমসুং অচুম্বা থাজবী নুপী মশানা খুশীনা (মঙ্গত

وَهَبَتْ نَفْسَهَا لِلنَّبِيِّ إِنْ أَرَادَ النَّبِيُّ أَنْ يَسْتَنْكِحَهَا
خَالِصَةً لَكَ مِنْ دُونِ الْمُؤْمِنِينَ ۗ قَدْ عَلِمْنَا مَا
فَرَضْنَا عَلَيْهِمْ فِي أَزْوَاجِهِمْ وَمَا مَلَكَتْ أَيْمَانُهُمْ
لِكَيْلَا يَكُونَ عَلَيْكَ حَرَجٌ ۗ وَكَانَ اللَّهُ غَفُورًا رَحِيمًا ﴿٥١﴾

লৌদদুনা) কখোকচরবা নবীদা, করিগুম্বা নবীনা লুহোংনীংলবদি মাবু— (হুকুম) অসি খাস নংতগীনি, মুসলিমশিংগী নত্তে। ঐখোইনা খঙই ঐখোইনা তৌবিখিবা হুকুম মখোইদা মখোইগী নুপীশিংগী মরমদা (মনীংতম্বা নুপীশিংদগী) অমসুং মখোইগী য়েৎকী মখুৎশিংনা পায়রিবা (মীনাইনুবী) শিংদগী অদুনা নংঙোন্দা করিগুম্বা দোশ অমতা লৈতনবা (নংগী মলিকহ ময়াম থম্বদা)। অদুগা অল্লাহদি (মতম-পুম্বদা) য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

تُرْجِي مَنْ تَشَاءُ مِنْهُنَّ وَتُؤْوِي إِلَيْكَ مَنْ تَشَاءُ ۖ
وَمَنِ ابْتَغَيْتَ مِمَّنْ عَزَلْتَ فَلَا جُنَاحَ عَلَيْكَ ۚ ذَٰلِكَ
أَدْنَىٰ أَنْ تَقَرَّ أَعْيُنُهُنَّ وَلَا يَحْزَنَّ وَيَرْضَيْنَ بِمَا
آتَيْتَهُنَّ كُلُّهُنَّ ۚ وَاللَّهُ يَعْلَمُ مَا فِي قُلُوبِكُمْ ۚ وَكَانَ
اللَّهُ عَلِيمًا حَلِيمًا ﴿٥٢﴾

৫২ নংনা য়েথোকপা য়াই (নংগী মলিকহশিংগী মরেং) নংনা পাম্বা মতুংইন্না (নংগা পুন্না য়াহিপ-মিন্নবগী) অমসুং নংনা লৌশিনবা য়াই নংনা পাম্বা (অমা) বু (নংগী ফমুংদা); অমসুং নংনা করিগুম্বা পামলবদি (অমুকহন্না লৌশিনবা) মখোই কনাগুম্বা অমবু নংনা (হান্না) তোঙান্না থমখ্রবা (মতম খরতগী ওইনা), দোশ করিসু লৈতে নংঙোন্দা। মদুনা হেন্না অফবনি অদুনা মখোইগী মমিৎশিং (অমসুং মথম্মোইশিং) ঈংথনবা অমসুং অৱাবা চাদনবা, অমসুং মখোই পুম্নমক অপেনবা শরুক্কবা নংনা পীবদুনা মখোইদা। অদুগা অল্লাহনা খঙই নখোইগী থম্মোইনুংশিংদা (নুংথুপননা) লৈবদু; অমসুং অল্লাহদি (মতম লৈবা খিবিক্তা) ইখঙ-খঙবনি (মীগী ৱাখল পুম্নমক), খাংবি-হৈবনি (মীনা ফত্তরম খোঙফম্নরবসু)।

لَا يَحِلُّ لَكَ النِّسَاءُ مِنْ بَعْدُ وَلَا أَنْ تَبَدَّلَ بِهِنَّ
مِنْ أَزْوَاجٍ وَلَوْ أَعْجَبَكَ حُسْنُهُنَّ إِلَّا مَا مَلَكَتْ
يَمِينُكَ ۗ وَكَانَ اللَّهُ عَلَىٰ كُلِّ شَيْءٍ رَقِيبًا ﴿٥٣﴾

৫৩। (হে নবী!) নং য়াদ্রে লৌবা (অতোপ্পা) নুপীশিং মতুং অসিদা নত্ত্রগা নং য়াদে ওনবা (নংগা লৈমিন্নরিবা মলিকহশিং) মখোইবু অতোপ্পা মলিকহশিং (লৌশিন্নব)গী, মখোইগী মশকফম ফজ্জবদা নংনা থোইনমক মিহৌ-মিকারবসু, নত্তনা নংগী নখুৎ য়েৎনা পায়রিবশিংদু। অদুগা অল্লাহনা (মতম-পুম্বদা) চেকশিন্না য়েংবীরি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা

৭ শুবা রুকূ

يَٰٓأَيُّهَا ٱلَّذِينَ ءَامَنُواْ لَا تَدۡخُلُواْ بُيُوتَ ٱلنَّبِيِّ إِلَّآ أَن يُؤۡذَنَ لَكُمۡ إِلَىٰ طَعَامٍ غَيۡرَ نَٰظِرِينَ إِنَىٰهُ وَلَٰكِنۡ إِذَا دُعِيتُمۡ فَٱدۡخُلُواْ فَإِذَا طَعِمۡتُمۡ فَٱنتَشِرُواْ وَلَا مُسۡتَـٔۡنِسِينَ لِحَدِيثٍۚ إِنَّ ذَٰلِكُمۡ كَانَ يُؤۡذِي ٱلنَّبِيَّ فَيَسۡتَحۡيِۦ مِنكُمۡۖ وَٱللَّهُ لَا يَسۡتَحۡيِۦ مِنَ ٱلۡحَقِّۚ وَإِذَا سَأَلۡتُمُوهُنَّ مَتَٰعٗا فَسۡـَٔلُوهُنَّ مِن وَرَآءِ حِجَابٖۚ ذَٰلِكُمۡ أَطۡهَرُ لِقُلُوبِكُمۡ وَقُلُوبِهِنَّۚ وَمَا كَانَ لَكُمۡ أَن تُؤۡذُواْ رَسُولَ ٱللَّهِ وَلَآ أَن تَنكِحُوٓاْ أَزۡوَٰجَهُۥ مِنۢ بَعۡدِهِۦٓ أَبَدًاۚ إِنَّ ذَٰلِكُمۡ كَانَ عِندَ ٱللَّهِ عَظِيمًا ٥٣

৫৪। হে অচুম্বা থাজবশিং! চঙলুগনু নবীগী য়ুমশিংদা হুকুম পীদ্রবদি নখোইদা খানা চাবগীদমক (মহাক্কা লোয়ননা), ভাইরুগনু মদুগী থোংবা লোনবা লোয়বসু। তৌইগুম্বসুং নখোইবু বারতোন তৌরবদি (মতম চানা) চঙঙু, অমসুং খানা চারবা মতুংদা নখোই চৎখ্রো অমসুং পংথগনু রারী রাতাই শাবা তাগদবগী। তশেংবমক মদুনা ওৎ-নৈবা থোকই নবীদা, অমসুং মহাকনা ঈকাই-নুংশি নখোইবু (চৎখ্রো হায়নদা); তৌইগুম্বসুং অল্লাহদি করিসু ঈকাই-নুংশিবিদে (অচুম্বা রারু) চুম্না হায়নদা। অদুগা নখোইনা করিগুম্বা পোং অমা পীয়ু হায়জবদা মখোই (মলিকহশিং)দগী, নখোই হঙ্গৎচৌ মখোইদা পর্দা মপান্দগী। মদুনা শেংবা হেনগনি নখোইগী নথম্মোইশিং অমসুং মখোইগী মথম্মোইশিং। নখোই মতিকচাদে করিগুম্বা নুংঙাইতবা থোকহনবা অল্লাহগী রসুলদা, নত্তগা নখোইনা লুহোংলোইদবনি মহাক্কী মলিকহশিংবু মহাক (শিত্রবা) মতুংদা মতম-পুম্বদা (মরমদি মখোই নখোইগী নমাশিং গুম্বনি)। থাঙ্গৈশেংবমক, মদু ভুক্কচনিঙঙাই ওইবনি অল্লাহগী মনাক্তা।

إِن تُبۡدُواْ شَيۡـًٔا أَوۡ تُخۡفُوهُ فَإِنَّ ٱللَّهَ كَانَ بِكُلِّ شَيۡءٍ عَلِيمٗا ٥٤

৫৫। নখোইনা করিগুম্বা ফোংদোকলবসু পোং অমা নত্তগা লোৎশিল্লবসু মদু, অল্লাহনা মুন্না খঙই পোং পুম্নমক।

لَّا جُنَاحَ عَلَيۡهِنَّ فِيٓ ءَابَآئِهِنَّ وَلَآ أَبۡنَآئِهِنَّ وَلَآ إِخۡوَٰنِهِنَّ وَلَآ أَبۡنَآءِ إِخۡوَٰنِهِنَّ وَلَآ أَبۡنَآءِ أَخَوَٰتِهِنَّ وَلَا نِسَآئِهِنَّ وَلَا مَا مَلَكَتۡ أَيۡمَٰنُهُنَّۗ وَٱتَّقِينَ

৫৬। করিসু দোশ লৈতে (নবীগী মলিকহশিং) মখোইদা (রারী শাবদা) মখোইগী ববাশিংদা, নত্তগা মখোইগী মচা নিপাশিংদা নত্তগা মখোইগী মচিন-মনাওশিংদা, নত্তগা মখোইগী মচিন-মনাওশিংগী মচা নিপাশিংদা, নত্তগা মখোইগী মচে-মনাওশিংগী মচা নিপাশিংদা, নত্তগা মখোই নুপী মশেলদা, নত্তগা মখোইগী মখুৎয়েৎশিংনা পায়রিবা (মীনাই নিপা) শিংদা। অদুগা (হে নবীগী মলিকহশিং!) অল্লাহবু কিয়ু।

اللّٰهُ ۗ اِنَّ اللّٰهَ كَانَ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ شَهِيْدًا ۝٥٥

তশেংবমক, অল্লাহনা সাক্ষীনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

اِنَّ اللّٰهَ وَمَلٰٓئِكَتَهٗ يُصَلُّوْنَ عَلَى النَّبِيِّ ۗ يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا صَلُّوْا عَلَيْهِ وَسَلِّمُوْا تَسْلِيْمًا ۝٥٦

৫৭। তশেংবমক, অল্লাহ অমসুং মহাক্কী স্বর্গ দুতশিংনা আশীর্ব্বাদ পী নবীগী মথক্তা। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোইসু পীয়ু আশীর্ব্বাদ মহাক্কী মথক্তা অমসুং কৎলু সলাম মঙোন্দা (ফজবা) সলামগা লোয়ননা।

اِنَّ الَّذِيْنَ يُؤْذُوْنَ اللّٰهَ وَرَسُوْلَهٗ لَعَنَهُمُ اللّٰهُ فِي الدُّنْيَا وَالْاٰخِرَةِ وَاَعَدَّ لَهُمْ عَذَابًا مُّهِيْنًا ۝٥٧

৫৮। তশেংবমক ওৎ-নৈবা মীশিংদু অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলবু — অল্লাহনা সিরাপ তৌবিখ্রে মখোইবু সংসার অসিদা অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদসু, অমসুং শেম শাবিখ্রে মখোইগী-দমক্তা ঈকাই ফিরুক খুমহনবগী রায়েল-চৈরাক।

وَالَّذِيْنَ يُؤْذُوْنَ الْمُؤْمِنِيْنَ وَالْمُؤْمِنٰتِ بِغَيْرِ مَا اكْتَسَبُوْا فَقَدِ احْتَمَلُوْا بُهْتَانًا وَّاِثْمًا مُّبِيْنًا ۝٥٨

৫৯। অদুগা অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা ওৎ-নৈবা অচুম্বা থাজবা নিপাশিং অমসুং অচুম্বা থাজবী নুপীশিংবু মখোইনা তৌদবা (থবক)গী মরমদা, মখোইনা পুগনি (মরাল) চুমদনা মীগী মিংচৎ থীহনবগী অমসুং তশেং-তশেংবা পাপকী।

৮ শুবা রুকূ

يٰٓاَيُّهَا النَّبِيُّ قُلْ لِّاَزْوَاجِكَ وَبَنٰتِكَ وَنِسَآءِ الْمُؤْمِنِيْنَ يُدْنِيْنَ عَلَيْهِنَّ مِنْ جَلَابِيْبِهِنَّ ۗ ذٰلِكَ اَدْنٰٓى اَنْ يُّعْرَفْنَ فَلَا يُؤْذَيْنَ ۗ وَكَانَ اللّٰهُ غَفُوْرًا رَّحِيْمًا ۝٥٩

৬০। হে নবী! হায়য়ু নংগী মলিকহশিংদা অমসুং নংগী নমোম (অচানবী)শিংদা অমসুং অচুম্বা থাজবশিংগী নুপীশিংদা মদুদি মখোইনা চিংথজসনু মখোইগী চাদরশিং (মকোক্তুগী) মশাপুম্বদা। মদুনা মতিকচাবা ওইগনি, অদুনা মখোইবু মশক খঙনবা (ইজ্জৎ লৈবীশিং ওইনা) অমসুং ঈরাঙ তৌদনবা (লমচৎ নাইদবা মীশিংনা)। অদুগা অল্লাহদি (মতম-পুম্বদা) য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

لَئِنْ لَّمْ يَنْتَهِ الْمُنٰفِقُوْنَ وَالَّذِيْنَ فِيْ قُلُوْبِهِمْ مَّرَضٌ وَّالْمُرْجِفُوْنَ فِي الْمَدِيْنَةِ لَنُغْرِيَنَّكَ بِهِمْ ثُمَّ لَا

৬১। ঈমান-চেংজঙবশিং, অমসুং মথম্মোই-নুংশিংদা অনাবা লৈবশিং, অমসুং শহর মকোয়দা ঈরাং থোকহনবশিংনা তোক্ত্রবদি (পাওরাল শন্দোকপা), ঐখোইনা শোয়দনমক পীবিগনি নংবু শক্তি মখোইগী মথক্তা; মতমদুদা মখোই

يُجَاوِرُوْنَكَ فِيْهَآ اِلَّا قَلِيْلًا ۝٦١

লৈররোই মদুগী মনুংদা নংগী য়ুমলোন্নবশিং ওইনা, মতম খরদং নত্তনা—

مَلْعُوْنِيْنَ ۚ اَيْنَمَا ثُقِفُوْٓا اُخِذُوْا وَقُتِّلُوْا تَقْتِيْلًا ۝٦٢

৬২। (অদুগী তুংদা মখোইবু) সিরাপ তৌবিখ্রগনি। করিগুম্বা মফম অমদা মখোইবু ফংবদা, মখোইবু ফাজিনবিগনি অমসুং হাৎপিগনি

سُنَّةَ اللّٰهِ فِى الَّذِيْنَ خَلَوْا مِنْ قَبْلُ ۚ وَلَنْ تَجِدَ لِسُنَّةِ اللّٰهِ تَبْدِيْلًا ۝٦٣

৬৩। অসিগুম্বনি অল্লাহগী চৎনবী (মখোইগী) মমাংদা হৌখিবা (মীরোন) শিংগী মরমদা; অমসুং নংনা ফংলোই অহোংবা অমতা অল্লাহগী চৎনবীদা।

يَسْـَٔلُكَ النَّاسُ عَنِ السَّاعَةِ ۗ قُلْ اِنَّمَا عِلْمُهَا عِنْدَ اللّٰهِ ۗ وَمَا يُدْرِيْكَ لَعَلَّ السَّاعَةَ تَكُوْنُ قَرِيْبًا ۝٦٤

৬৪। মীশিংনা না হংলি নংঙোন্দা পুংফম অদুগী মরমদা। হায়য়ু: "মদুগী খ্বানদি অল্লাহ(ত) গীনি।" অদুগা করিনা খঙহনসিবা নহাকপু মদুদি পুংফমদু নকপসু য়াই?

اِنَّ اللّٰهَ لَعَنَ الْكٰفِرِيْنَ وَاَعَدَّ لَهُمْ سَعِيْرًا ۝٦٥

৬৫। তশেংবমক অল্লাহনা সিরাপ তৌবিখ্রে লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু অমসুং শেম শাবিখ্রে মখোইগীদমক ভুং-ভুং চাকপা মৈ অমা,

خٰلِدِيْنَ فِيْهَآ اَبَدًا ۚ لَا يَجِدُوْنَ وَلِيًّا وَّلَا نَصِيْرًا ۝٦٦

৬৬। মদুগী মনুংদা মখোই লৈগনি মতম কুইনা, মখোই ফংলোই ঙাকপিনবা মরূপ অমতা নত্তগা তেংবাংবিনবা কনামতা।

يَوْمَ تُقَلَّبُ وُجُوْهُهُمْ فِى النَّارِ يَقُوْلُوْنَ يٰلَيْتَنَآ اَطَعْنَا اللّٰهَ وَاَطَعْنَا الرَّسُوْلَا ۝٦٧

৬৭। নুমিৎ অদুদা মখোইগী মমায়শিং মথক-মখা ওলবিগনি মৈদা, অদুদা মখোইনা হায়গনি: "আঃ ঐখোইনা হায়বা ইনজরমলবদি অল্লাহগী অমসুং হায়বা ইনজরমলবদি রসুলগী!"

وَقَالُوْا رَبَّنَآ اِنَّآ اَطَعْنَا سَادَتَنَا وَكُبَرَآءَنَا فَاَضَلُّوْنَا السَّبِيْلَا ۝٦٨

৬৮। অদুগা মখোইনা (অসিসু) হায়গনি: "ঐখোইগী মপুও! তশেংবমক ঐখোইনা হায়বা ইল্লম্মী ঐখোইগী লুচিংবশিংগী অমসুং ঐখোইগী অচৌবশিংগী অমসুং মখোইনা লম্মুক্কহনবিখি ঐখোইবু (অচুম্বা) লম্বীদগী

رَبَّنَآ اٰتِهِمْ ضِعْفَيْنِ مِنَ الْعَذَابِ وَالْعَنْهُمْ لَعْنًا كَبِيْرًا ۝٦٩

৬৯। "ঐখোইগী মপুও! পীবিয়ু মখোইবু বায়েল-চৈরাক পোৎমা অমসুং সিরাপ তৌবিয়ু মখোইবু অচৌবা সিরাপ (থাবিদু)না।

৯ শুবা রুকূ

৭০। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোই ওইগনু মখোই (ইস্রাঈলশিং) গুম—মখোইনা ওৎ-নৈবিখি মুসাবু; তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা শেংদোকপিখি মহাকপু মখোইনা হায়জিনখিবা অদুদগী (মহাক্কী মথক্তা)। অদুগা মহাক ঈকাইখুম্নঙাই মশক ওইখি অল্লাহগী মনাক্তা।

يَٰٓأَيُّهَا ٱلَّذِينَ ءَامَنُوا۟ لَا تَكُونُوا۟ كَٱلَّذِينَ ءَاذَوْا۟ مُوسَىٰ فَبَرَّأَهُ ٱللَّهُ مِمَّا قَالُوا۟ ۚ وَكَانَ عِندَ ٱللَّهِ وَجِيهًا ﴿٦٩﴾

৭১। হে অচুম্বা থাজবশিং! অল্লাহবু কিয়ু অমসুং হায়য়ু (অওকপা রাবু) চুম্না,

يَٰٓأَيُّهَا ٱلَّذِينَ ءَامَنُوا۟ ٱتَّقُوا۟ ٱللَّهَ وَقُولُوا۟ قَوْلًا سَدِيدًا ﴿٧٠﴾

৭২। মহাকনা চুমহনবিগনি নখোইগী থবকশিং অমসুং কোকপিহৈবনি নখোইবু নখোইগী নপাপশিং। অদুগা কনাগুম্বনা ময়াথং ইল্লবদি অল্লাহগী অমসুং মহাক্কী রসুলগী, শোয়দনমক ফংগনি অচৌবা জয়।

يُصْلِحْ لَكُمْ أَعْمَٰلَكُمْ وَيَغْفِرْ لَكُمْ ذُنُوبَكُمْ ۗ وَمَن يُطِعِ ٱللَّهَ وَرَسُولَهُۥ فَقَدْ فَازَ فَوْزًا عَظِيمًا ﴿٧١﴾

৭৩। তশেংবমক ঐখোইনা শীন্নখি (রায়েল-য়াথংগী) দায়ী স্বর্গদা অমসুং পৃথিবীদা অমসুং চীংশিংদা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা য়াখিদে পু হায়বা মদু অমসুং অকিবা শরুক্লখি মদুগী। তৌইগুম্বসুং তাইবঙ মীনা পুখি মদু। তশেংবমক মহাক ঙম্মি চুমদবা তৌবা (অমসুং) থৌওই- রাওইদবা (মশামক্তদা)।

إِنَّا عَرَضْنَا ٱلْأَمَانَةَ عَلَى ٱلسَّمَٰوَٰتِ وَٱلْأَرْضِ وَٱلْجِبَالِ فَأَبَيْنَ أَن يَحْمِلْنَهَا وَأَشْفَقْنَ مِنْهَا وَحَمَلَهَا ٱلْإِنسَٰنُ ۖ إِنَّهُۥ كَانَ ظَلُومًا جَهُولًا ﴿٧٢﴾

৭৪। (মদুগী ফল ওইনা) অল্লাহনা থাবিগনি রায়েল-চৈরাক ঈমান চেংজঙবা নিপাশিংদা অমসুং ঈমান-চেংজঙবী নুপীশিংদা, অমসুং মূর্তি ঈরাৎপা নিপাশিংদা মূর্তি ঈরাৎপী নুপীশিংদা; তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা থৌজালবিবগা লোয়ননা কৃপা তৌবি অচুম্বা থাজবা নিপাশিং অমসুং অচুম্বা থাজবী নুপীশিংবু। অদুগা অল্লাহদি (মতম-পুম্বদা) য়োনজ-কোকপি-হৈবনি, নুংশিহৈবনি।

لِّيُعَذِّبَ ٱللَّهُ ٱلْمُنَٰفِقِينَ وَٱلْمُنَٰفِقَٰتِ وَٱلْمُشْرِكِينَ وَٱلْمُشْرِكَٰتِ وَيَتُوبَ ٱللَّهُ عَلَى ٱلْمُؤْمِنِينَ وَٱلْمُؤْمِنَٰتِ ۗ وَكَانَ ٱللَّهُ غَفُورًا رَّحِيمًۢا ﴿٧٣﴾

## سُوْرَةُ سَبَاٍ مَكِّيَّةٌ (٣٤)

অল-সবা

সূরহ ৩৪

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৫৫ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহবুনি, মহাক্কীনি স্বর্গদা লৈরিবাপুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবাপুম্বা; অমসুং মহাকপু থাগৎপগী শৈশকনি শিরবা মতুংগী পুন্সিদসু। অদুগা মহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি, পোৎ পুম্নমক্কী অখঙবনি।

اَلْحَمْدُ لِلّٰهِ الَّذِيْ لَهٗ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَمَا فِي الْاَرْضِ وَلَهُ الْحَمْدُ فِي الْاٰخِرَةِ ۚ وَهُوَ الْحَكِيْمُ الْخَبِيْرُ ②

৩। মহাকনা খঙই পৃথিবীদা চঙখিবাপুম্বা অমসুং মদুদগী থোকখিবাপুম্বা, অমসুং কোরৌ নোংমদোলদগী কুমথরকপাপুম্বা অমসুং মদুদা কাখৎখিবাপুম্বা। অদুগা মহাক্তি নুংশিহৈবনি, য়োনজ-কোকপিহৈবনি।

يَعْلَمُ مَا يَلِجُ فِي الْاَرْضِ وَمَا يَخْرُجُ مِنْهَا وَمَا يَنْزِلُ مِنَ السَّمَآءِ وَمَا يَعْرُجُ فِيْهَا ۚ وَهُوَ الرَّحِيْمُ الْغَفُوْرُ ③

৪। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা হায়ঃ "পুংফমদু কদৌঙৈদসু লাকলোই ঐখোইদা।" হায়যু (মখোইদা): "মদু নত্তে, ঐগী মপুগী কসম, মদু শোয়দনমক লাক্কনি নখোইদা! মহাক্তি অখঙবনি অরোনবা পুম্নমক! লৈঙোই মরিক অমা ফাওবা (অফবা নত্রগা ফত্তবা) স্বর্গদা অমসুং পৃথিবীদা নত্রগা মদুদগী হেন্না পিকপা অমদি হেন্না চাওবা করিগুম্বা অমতা নাথোক্তে মঙোন্দগী, তৌইগুম্বসুং (পুম্নমক ইশিন্দুনা লৈ) তশেং-তশেংবা কিতাব অমদা—

وَقَالَ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا لَا تَاْتِيْنَا السَّاعَةُ ۗ قُلْ بَلٰى وَرَبِّيْ لَتَاْتِيَنَّكُمْ عٰلِمِ الْغَيْبِ ۚ لَا يَعْزُبُ عَنْهُ مِثْقَالُ ذَرَّةٍ فِي السَّمٰوٰتِ وَلَا فِي الْاَرْضِ وَلَآ اَصْغَرُ مِنْ ذٰلِكَ وَلَآ اَكْبَرُ اِلَّا فِيْ كِتٰبٍ مُّبِيْنٍ ④

৫। অদুনা মহাকনা পীবিনবা মনা-মথিন অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা তৌবশিংবু। মখোইসি ফংলগনি কোকপিবা অমসুং ঈকাইখুম্নবগী চিঞ্জাক।

لِّيَجْزِيَ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ ۗ اُولٰٓئِكَ لَهُمْ مَّغْفِرَةٌ وَّرِزْقٌ كَرِيْمٌ ⑤

৬। তৌইগুম্সুং অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা হোৎনৈ অরেম্বদা তাহন্নবা ঐখোইগী পাওজেন-শিংবু, মখোইদু থাবিগনি অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

وَالَّذِيْنَ سَعَوْ فِيْٓ اٰيٰتِنَا مُعٰجِزِيْنَ اُولٰٓئِكَ لَهُمْ عَذَابٌ مِّنْ رِّجْزٍ اَلِيْمٌ ⑥

৭। অদুগা অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইদা জ্ঞান পীবিখ্রবনা উই মদুদি নংঙোন্দা থাবিরকখিবাপুম্বা নংগী মপুগী মায়কৈদগী (থাঙ্গৈশেংবমক) অচুম্বনি অমসুং মদুনা লমজিংই লম্বী য়ৌনা পাঙ্গলবা (অমসুং) থাগৎপদা মতিকচাখ্রবগী।

وَيَرَى الَّذِينَ أُوتُوا الْعِلْمَ الَّذِي أُنزِلَ إِلَيْكَ مِن رَّبِّكَ هُوَ الْحَقَّ وَيَهْدِي إِلَىٰ صِرَاطِ الْعَزِيزِ الْحَمِيدِ ۝٧

৮। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা হায় (অমনা অমদা) ঃ "ঐখোইনা উহনসিরা নখোইদা মী অমা মহাকনা হায়গনি নখোইদা মদুদি নখোই (শিদুনা) মচেৎ-মচেৎ নীংখায়হনবিখ্রবা মতমদা, নখোইবু পুথোকপিগনি অনৌবা খুৎশেম অমা ওইনা ?

وَقَالَ الَّذِينَ كَفَرُوا هَلْ نَدُلُّكُمْ عَلَىٰ رَجُلٍ يُنَبِّئُكُمْ إِذَا مُزِّقْتُمْ كُلَّ مُمَزَّقٍ إِنَّكُمْ لَفِي خَلْقٍ جَدِيدٍ ۝٨

৯। "মহাকনা হায়জিনব্রা মীনম্বা অল্লাহগী মরমদা নত্রগা মহাকপু ঙাওরব্রা ?" মদু নত্তে, শিরবা মতুংগী পুন্সিদা থাজদবা মখোইদু (হৌজিক্তগী হৌনা) লাংথুনরবনি রায়েল-চৈরাক্তা অমসুং খুমাং চাওশনখ্রবনি অরানবদা।

أَفْتَرَىٰ عَلَى اللَّهِ كَذِبًا أَم بِهِ جِنَّةٌ ۗ بَلِ الَّذِينَ لَا يُؤْمِنُونَ بِالْآخِرَةِ فِي الْعَذَابِ وَالضَّلَالِ الْبَعِيدِ ۝٩

১০। উদব্রা মখোই করি (খুদোংথীবা) লৈবা মমাংদা অমসুং করি (থোরক্কদবা) লৈবা মতুংদা স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী ? ঐখোইনা তৌনীংলবদি, ঐখোইনা য়োৎশনহনবা য়াই মখোইবু পৃথিবীদা নত্রগা সোরারেন মচেৎ অমা কিংথহন্দুনা তাহনবা মখোইগী মথক্তা। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা (মপুদা) ওনশিনজবা মনাই খুদিংগী।

أَفَلَمْ يَرَوْا إِلَىٰ مَا بَيْنَ أَيْدِيهِمْ وَمَا خَلْفَهُم مِّنَ السَّمَاءِ وَالْأَرْضِ ۚ إِن نَّشَأْ نَخْسِفْ بِهِمُ الْأَرْضَ أَوْ نُسْقِطْ عَلَيْهِمْ كِسَفًا مِّنَ السَّمَاءِ ۚ إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَةً لِّكُلِّ عَبْدٍ مُّنِيبٍ ۝١٠ ع

২ শুবা রুকূ

১১। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা পীখি দাউদদা ঐখোইগী থৌজাল (অসি হায়বিদুনা) ঃ "হে চীংজাওশিং ! নখোই শোল্লু লাইশোল (অল্লাহবু থাগৎপগী) মহাক্কা লোয়ননা অমসুং হে চেকলাশিং ! (নখোইসু থৌগল তৌ)।" অদুগা ঐখোইনা কোনথোক-কোনশিন য়াহনবিখি (অকনবা) য়োৎপু মহাক্কীদমক,

وَلَقَدْ آتَيْنَا دَاوُودَ مِنَّا فَضْلًا ۖ يَا جِبَالُ أَوِّبِي مَعَهُ وَالطَّيْرَ ۖ وَأَلَنَّا لَهُ الْحَدِيدَ ۝١١

১২। (ঐখোইনা হায়বিখি ঃ) "শাও য়োৎকী হককন ফুরিৎ অমসুং (মদুগী) শমজিন্নফম মতাং

أَنِ اعْمَلْ سَابِغَاتٍ وَقَدِّرْ فِي السَّرْدِ ۖ وَاعْمَلُوا صَالِحًا ۖ

إِنِّى بِمَا تَعْمَلُونَ بَصِيرٌ ﴿١١﴾

চানহল্লু: অমসুং (হে দাউদকী ইমুং!) অফবা লম্বীনৌ, তশেংবমক ঐনা উবনি নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

وَلِسُلَيْمَٰنَ ٱلرِّيحَ غُدُوُّهَا شَهْرٌ وَرَوَاحُهَا شَهْرٌ ۖ وَأَسَلْنَا لَهُۥ عَيْنَ ٱلْقِطْرِ ۖ وَمِنَ ٱلْجِنِّ مَن يَعْمَلُ بَيْنَ يَدَيْهِ بِإِذْنِ رَبِّهِۦ ۖ وَمَن يَزِغْ مِنْهُمْ عَنْ أَمْرِنَا نُذِقْهُ مِنْ عَذَابِ ٱلسَّعِيرِ ﴿١٢﴾

১৩। অদুগা সুলৈমান্দা (ঐখোইনা পীখি শক্তি শীজন্নবা য়াবগী) নুংশিৎ (সমুদ্র ঈপাক্তা) মদুনা হুমদুনা পুখি (মহাক্কী জাহাজশিং) অয়ুক্কী মতমদা থা অমগী লম্বেল অমসুং নুমিদাংৱাইদা থা অমগী লম্বেল। অসিদগীসু হেন্না ঐখোইনা চেনহনবিখি ঈফুৎ অমা শৌদোকলবা কোরীগী। অদুগা জিনশিংগী মরক্তগী খরনা থবক তৌরম্মী মহাক্কী মখাদা, মহাক্কী মপুগী হুকুমনা। অদুগা (ঐখোইনা হায়বিখি মখোইবু মদুদি) মখোইগী মরক্তগী কনাগুম্বনা মমায় ওথোকলবদি ঐখোইগী হুকুমদগী, ঐখোইনা তংহনবিগনি মহাকপু মহাউ ড্রুং-ড্রুং চাকপা মৈগী চৈরাক্কী।

يَعْمَلُونَ لَهُۥ مَا يَشَآءُ مِن مَّحَٰرِيبَ وَتَمَٰثِيلَ وَجِفَانٍ كَٱلْجَوَابِ وَقُدُورٍ رَّاسِيَٰتٍ ۚ ٱعْمَلُوٓا۟ ءَالَ دَاوُۥدَ شُكْرًا ۚ وَقَلِيلٌ مِّنْ عِبَادِىَ ٱلشَّكُورُ ﴿١٣﴾

১৪। মখোইনা শাখি মহাক্কীদমক মহাকনা অপাম্বতা—লাইনীংশঙশিং অমসুং নুংনা চিংবদা হত্তুনা শেম্বা মূর্তিশিং অমসুং অচৌবা পুখমশিং খুদেংগুম্বা অমসুং খাংজাওশিং লৈরংদা চেৎনা খিনখ্রবা। (ঐখোইনা হায়বিখি ঃ) "নখোই থবক তৌ, হে দাউদকী ইমুং! তৌবিমল খঙবা উত্তুনা;" তৌইগুম্বসুং ঐগী ইনাইশিংগী মরক্তা খরতনা তৌবিমল খঙবা উৎলি।

فَلَمَّا قَضَيْنَا عَلَيْهِ ٱلْمَوْتَ مَا دَلَّهُمْ عَلَىٰ مَوْتِهِۦٓ إِلَّا دَآبَّةُ ٱلْأَرْضِ تَأْكُلُ مِنسَأَتَهُۥ ۖ فَلَمَّا خَرَّ تَبَيَّنَتِ ٱلْجِنُّ أَن لَّوْ كَانُوا۟ يَعْلَمُونَ ٱلْغَيْبَ مَا لَبِثُوا۟ فِى ٱلْعَذَابِ ٱلْمُهِينِ ﴿١٤﴾

১৫। অদুগী তুংদা ঐখোইনা য়াথংনবিখ্রবদা মহাকপু শিহন্নবগী, করিমতনা খঙহনখিদে মখোইবু মহাক শিখ্রে হায়বা নত্তুনা পৃথিবীগী তীন অমনা মদুনা চাথোকখ্রবদা মহাক্কী পায়না-চৈশু। মরমদুনা মদুনা তুথখ্রবা মতমদা, (থবকশুবা) জিনশিংনা রাখল তৌখি মদুদি মখোইনা খঙলমলবদি অমম্বগী রা (শিবগী পাওজেন), মখোই লৈরমলোই (অসুপ কুইনা) তোন্না ঈকাই ফিরুক খুমদুনা (সুলৈমানগী মীনাই ওইদুনা)।

لَقَدْ كَانَ لِسَبَإٍ فِى مَسْكَنِهِمْ ءَايَةٌ ۖ جَنَّتَانِ عَن يَمِينٍ

১৬। তশেংবমক সবাগী (মীশিংগী) লৈরম্মী

وَشِمَالٍ ۖ كُلُوا مِن رِّزْقِ رَبِّكُمْ وَاشْكُرُوا لَهُ ۚ بَلْدَةٌ طَيِّبَةٌ وَرَبٌّ غَفُورٌ ﴿١٥﴾

খুদম অমা মখোইগী ময়ুম লৈবাকদা বাগান অনি, অমনা য়েৎরোমদা অমসুং অতোপ্পনা ওইরোমদা (মখোইগী শহরগী)। (ঐখোইনা হায়বিখি মখোইদা ঃ) "চাও নখোইগী মপুগী চিঞ্জাক অমসুং তৌবিমল খঙবা উৎলু মঙোন্দা। নখোইগী (শহরদি) ফজবা শহরনি অমসুং (নখোইগী) মপুদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি।

فَأَعْرَضُوا فَأَرْسَلْنَا عَلَيْهِمْ سَيْلَ الْعَرِمِ وَبَدَّلْنَاهُم بِجَنَّتَيْهِمْ جَنَّتَيْنِ ذَوَاتَيْ أُكُلٍ خَمْطٍ وَأَثْلٍ وَشَيْءٍ مِّن سِدْرٍ قَلِيلٍ ﴿١٦﴾

১৭। তৌইগুম্বসুং মখোই মমায় ওথোকলম্মী (ঐখোইগী হুকুমদগী); মরমদুনা ঐখোইনা থাবিখি মখোইদা অকিবগী মশক ওইবা ঈশিং ঈচাও অমা। অদুগা ঐখোইনা পীখি মখোইদা, মখোইগী (অফবা) বাগান অনিগী মহুত্তা, বাগান অনি অখাবা উহৈঙাক্তা পানবা, ঝাও পাম্বীশিং (গী মোংশোং) অমসুং বোরোই পাম্বী খরা।

ذَٰلِكَ جَزَيْنَاهُم بِمَا كَفَرُوا ۖ وَهَلْ نُجْزِيٓ إِلَّا الْكَفُورَ ﴿١٧﴾

১৮। অসুম্না ঐখোইনা পীখি মহে মখোইনা তৌবিমল খঙদবগী; অমসুং ঐখোইনা পীবিদে মহে কনামতবু (অসুম তৌনা) তৌবিমল খঙদববু নত্তনা।

وَجَعَلْنَا بَيْنَهُمْ وَبَيْنَ الْقُرَى الَّتِي بَارَكْنَا فِيهَا قُرًى ظَاهِرَةً وَقَدَّرْنَا فِيهَا السَّيْرَ ۖ سِيرُوا فِيهَا لَيَالِيَ وَأَيَّامًا آمِنِينَ ﴿١٨﴾

১৯। অদুগা ঐখোইনা থম্বিখি মরক্তা মখোইগী অমসুং শহরশিংগী ঐখোইনা য়াইফহনবিখ্রবা, (অতৈ অতোপ্পা) শহরশিংগা ইউ-উননা (অমগা অমগা), অমসুং ঐখোইনা থম্বিখি পোথাফম মখোইগী মরক্তা (নুংঙাইনবগী লম্বী চৎপশিংগী, অমসুং অসি হায়বিখি মখোইদা ঃ) "কোয়বা চৎলু মদুদা অহিংদা অমসুং নুংথিলদা অকি-অখং লৈতনা।"

فَقَالُوا رَبَّنَا بَعِّدْ بَيْنَ أَسْفَارِنَا وَظَلَمُوا أَنفُسَهُمْ فَجَعَلْنَاهُمْ أَحَادِيثَ وَمَزَّقْنَاهُمْ كُلَّ مُمَزَّقٍ ۚ إِنَّ فِي

২০। তৌইগুম্বসুং মখোইনা হায়খি ঃ "ঐখোইগী মপুও! লাপথোকহনবিয়ু মরক-লেপফমশিং ঐখোইগী খোঙচৎশিংগী।" অদুগা মখোইনা অরানবা খোঙফম্নহনজখি মশামকপু; মরমদুনা ঐখোইনা ওইহনবিখি মখোইবু ৱারীননবা (পোৎ) অমসুং ঐখোইনা চাইথাইবিখি মখোইবু পুমচাই-চাইথোক্লুনা। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদমশিং

ذٰلِكَ لَاٰيٰتٍ لِّكُلِّ صَبَّارٍ شَكُوْرٍ ﴿١٩﴾

(ৱাখল তৌন্নবগী) অখাংকনবা অমসুং তৌবিমল খঙবা মী খুদিংগী।

وَلَقَدْ صَدَّقَ عَلَيْهِمْ إِبْلِيْسُ ظَنَّهٗ فَاتَّبَعُوْهُ إِلَّا فَرِيْقًا مِّنَ الْمُؤْمِنِيْنَ ﴿٢٠﴾

২১। অদুগা তশেংবমক শৈতান্না ফংংখি ইচুম-চুম্না মহাক্কী ৱাখল মখোইগী মরমদা, মরমদুনা মখোইনা তুংইনখি মহাক্কী, অচুম্বা থাজবশিংগী খুৎপু অমা নত্তনা।

وَمَا كَانَ لَهٗ عَلَيْهِمْ مِّنْ سُلْطٰنٍ إِلَّا لِنَعْلَمَ مَنْ يُّؤْمِنُ بِالْاٰخِرَةِ مِمَّنْ هُوَ مِنْهَا فِيْ شَكٍّ ۗ وَرَبُّكَ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ حَفِيْظٌ ﴿٢١﴾

২২। তৌইগুম্বসুং (শৈতান) মহাক্কী শক্তি করিসু লৈখিদে মখোইগী মথক্তা, তৌইগুম্বসুং (মদুম্না থোকহনবিখি) অদুনা ঐখোইনা তোখায়-খায়দোক্লবা শিরবা মতুংগী পুন্সিদা থাজবশিংবু মদুদা চিংনবশিংদগী। অদুগা নংগী মপুদি ঙাকশেনবনি পোৎ পুম্নমকপু।

৩ শুবা রুকূ

قُلِ ادْعُوا الَّذِيْنَ زَعَمْتُمْ مِّنْ دُوْنِ اللّٰهِ ۚ لَا يَمْلِكُوْنَ مِثْقَالَ ذَرَّةٍ فِي السَّمٰوٰتِ وَلَا فِي الْاَرْضِ وَمَا لَهُمْ فِيْهِمَا مِنْ شِرْكٍ وَّمَا لَهٗ مِنْهُمْ مِّنْ ظَهِيْرٍ ﴿٢٢﴾

২৩। হায়য়ু (লাইয়াম ঈরাৎপশিংদা)ঃ "কৌজৌও নখোইনা (খোয়ম লাইশিংনি) হায়জিনবা অল্লাহ নত্তবশিংদু; মখোইনা ওইদে মপু লৈচ্রেং মরু অম(গো মান্নবা পোৎ) ফাওবগী স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদা, নত্তুগা লৈতে মখোইগী করিগুম্বা শরুক অমতা অনিমক্কী মনুংদা (লৈশেম-নুংশেম্বদা নত্তুগা লৈতে মহাক্কী তেংবাংবা অমতা মখোইগী মরক্তা।"

وَلَا تَنْفَعُ الشَّفَاعَةُ عِنْدَهٗٓ إِلَّا لِمَنْ أَذِنَ لَهٗ ۗ حَتّٰىٓ إِذَا فُزِّعَ عَنْ قُلُوْبِهِمْ قَالُوْا مَاذَا ۙ قَالَ رَبُّكُمْ ۗ قَالُوا الْحَقَّ ۚ وَهُوَ الْعَلِيُّ الْكَبِيْرُ ﴿٢٣﴾

২৪। তাইশিন্নবগী থবক অমতা কান্নবা ওইরোই অল্লাহগী মনাক্তা নত্তনা মহাক্কীদমক মহাকনা ময়াথং পীত্তুবা মদু তৌবা য়াবগী। (মখোইঙাইদুনা লৈগনি মপুকনিংশিং লাংতক্লদুনা) অসি য়ৌবফাওবা, মখোইগী মথম্মোইশিংদগী অকিবদু লৌথোকপিত্রুবদা, মখোইনা হায়গনি (অমনা অমদা)ঃ "করিনো নখোইগী মপুনা হায়খিবদু?" মখোইনা পাওখুমগনিঃ "নাখৈশেংবা ৱাচুম।" অদুগা মহাক্তি ইৱাং-ৱাংবানি খ্বাইদগী হেন্না অচৌবনি।

قُلْ مَنْ يَّرْزُقُكُمْ مِّنَ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۗ قُلِ اللّٰهُ ۙ

২৫। হায়য়ুঃ "কনানা পীবগে চিঞ্জাক নখোইদা স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদগী?" (নং) পাওখুম্মুঃ

وَ اِنَّاۤ اَوۡ اِیَّاکُمۡ لَعَلٰی هُدًی اَوۡ فِیۡ ضَلٰلٍ مُّبِیۡنٍ ﴿۲۴﴾

"অল্লাহনা। অদুগা তশেংবমক ঐখোই নত্ত্রগা নখোই খোঙফম্নরে অচুম্বা লমজিং নত্ত্রগা তশেং-তশেংনা লম্বীনরে অরানবা।"

قُلۡ لَّا تُسۡـَٔلُوۡنَ عَمَّاۤ اَجۡرَمۡنَا وَ لَا نُسۡـَٔلُ عَمَّا تَعۡمَلُوۡنَ ﴿۲۵﴾

২৬। (অমুকসু) হায়য়ুঃ "নখোইদা ৱা (করিসু) হংবিরোই ঐখোইনা পাপ লম্বীনবগী নত্ত্রগা ঐখোইদা ৱা (করিসু) হংবিরোই নখোইনা তৌবগী।"

قُلۡ یَجۡمَعُ بَیۡنَنَا رَبُّنَا ثُمَّ یَفۡتَحُ بَیۡنَنَا بِالۡحَقِّ ؕ وَ هُوَ الۡفَتَّاحُ الۡعَلِیۡمُ ﴿۲۶﴾

২৭। (অমুকহন্না) হায়য়ুঃ "ঐখোইগী মপুনা পুল্লপ্পা খোমজিনবিগনি ঐখোই পুম্নমকবু অমসুং মহাকনা চুম্না ৱায়েল বিচার তৌবিগনি ঐখোইগী মরক্তা। অদুগা মহাক্তি ৱায়েল্লাকপনি, পুংখঙ-খঙবনি।"

قُلۡ اَرُوۡنِیَ الَّذِیۡنَ اَلۡحَقۡتُمۡ بِهٖ شُرَکَآءَ کَلَّا ؕ بَلۡ هُوَ اللّٰهُ الۡعَزِیۡزُ الۡحَکِیۡمُ ﴿۲۷﴾

২৮। (অরোয়বা ৱা ওইনা) হায়য়ুঃ "উহল্লু ঐঙোন্দা নখোইনা অল্লাহগী মশরুক য়ামিন্নবশিংনি হায়জিনবদু। নত্তে (নখোইনা উহনবা ঙমলরোই), মরমদি মহাক অল্লাহনি, পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَ مَاۤ اَرۡسَلۡنٰکَ اِلَّا کَآفَّۃً لِّلنَّاسِ بَشِیۡرًا وَّ نَذِیۡرًا وَّ لٰکِنَّ اَکۡثَرَ النَّاسِ لَا یَعۡلَمُوۡنَ ﴿۲۸﴾

২৯। অদুগা ঐখোইনা থাখিদে নংবু নত্তনা হরাওবা পাওপুবা অমা ওইনা অমসুং চেকশন-হন্নবগী পাওমেনবা অমা ওইনা মীওইবা জাতি পুম্নমক্তা, ভৈইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা খঙদে।

وَ یَقُوۡلُوۡنَ مَتٰی هٰذَا الۡوَعۡدُ اِنۡ کُنۡتُمۡ صٰدِقِیۡنَ ﴿۲۹﴾

৩০। অদুগা (লমফৈ-খোঙফম্নবশিং) মখোইনা হায়ঃ করম্বা মতমদা (মী পুম্নমকবু পুল্লপ্পা খোমজন- বিগনি হায়বা) ৱাশক অসি পুরা তৌগদৌরি (হায়য়ু ঐখোইদা), নখোইনা অচুম্বা ওইরবদি ?"

قُلۡ لَّکُمۡ مِّیۡعَادُ یَوۡمٍ لَّا تَسۡتَاۡخِرُوۡنَ عَنۡهُ سَاعَۃً وَّ لَا تَسۡتَقۡدِمُوۡنَ ﴿۳۰﴾

৩১। (নং) পাওখুম্মুঃ "নখোইদা ৱাশক-পিরিবনি নুমিৎ অমা মদু নখোইনা ঙমলোই য়েথোকপা মিৎকুপ অমা নত্ত্রগা থুগৎহনবা।"

৪ শুবা রুকূ

وَ قَالَ الَّذِیۡنَ کَفَرُوۡا لَنۡ نُّؤۡمِنَ بِهٰذَا الۡقُرۡاٰنِ وَ لَا

৩২। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা হায়ঃ "ঐখোইনা কদৌঙৈদসু থাজবিরোই কুরআন

অসিবু নত্তগা মসিগী মমাংদা লৈরম্বা (কিতাব) অদুবু।" তৌইগুম্বসুং নংনা উরমলবদিকো (তাঞ্জা অদু) অরানবা লম্বীনবশিংবু লেপহনবা মতমদা মখোইগী মপুগী মমাংদা, মখোই খরনা দোশ তৌগনি অমনা অমবু। (তাইবঙ পুন্সি খোঙফমদা) অশোনবা ওইরম্বশিংনা হায়গনি নাপল-লুথোংনরম্বশিংদাঃ "নখোইগী নহাক থংগী নৎলমদ্রবদি, ঐখোই শোয়দনমক ওইরমগনি অচুম্বা থাজবশিং।"

بِالَّذِي بَيْنَ يَدَيْهِ ۗ وَلَوْ تَرَىٰ إِذِ الظَّالِمُونَ مَوْقُوفُونَ عِندَ رَبِّهِمْ يَرْجِعُ بَعْضُهُمْ إِلَىٰ بَعْضٍ الْقَوْلَ يَقُولُ الَّذِينَ اسْتُضْعِفُوا لِلَّذِينَ اسْتَكْبَرُوا لَوْلَا أَنتُمْ لَكُنَّا مُؤْمِنِينَ ﴿٣١﴾

৩৩। নাপল-লুথোংনরম্বশিংনা হায়গনি অশোনবশিংদাঃ "ঐখোইনা থিংখিব্রা নখোইবু লমজিং (ইনব)দগী, মদু লাকখ্রবা মতুংদা নখোইদা? নত্তে, নখোইনা (নশাগী বিবেক লৈতবনা) ওইজখিবনি মরাল লৈরবশিং।"

قَالَ الَّذِينَ اسْتَكْبَرُوا لِلَّذِينَ اسْتُضْعِفُوا أَنَحْنُ صَدَدْنَاكُمْ عَنِ الْهُدَىٰ بَعْدَ إِذْ جَاءَكُم ۖ بَلْ كُنتُم مُّجْرِمِينَ ﴿٣٢﴾

৩৪। অদুগা অশোনবশিংনা হায়গনি নাপল-লুথোংনরম্বশিংদাঃ "নত্তে, নখোইনা (থৌরাংখি) অহিং অমসুং নুংথিলদা; অদুগী মতমদা নখোইনা হায়খি ঐখোইবু থাজগনু অল্লাহবু অমসুং পুথোকউ (অতোপ্পা লাইশিং) মহাক্কা লেংমান্নবা ওইনা।" তৌইগুম্বসুং মখোইনা লোৎশনগনি (মখোইগী) নুংঙাইতবা দণ্ড মশক উবদা; অমসুং ঐখোইনা থাংবিগনি য়োৎলৌ-কোলৌ, মঙকশমশিংদা (অচুম্বা) থাজরমদবশিংগী। মখোইবু লমল খুম্বিরোই মখোইনা তৌরমদবা (থবক)গী নত্তনা।

وَقَالَ الَّذِينَ اسْتُضْعِفُوا لِلَّذِينَ اسْتَكْبَرُوا بَلْ مَكْرُ اللَّيْلِ وَالنَّهَارِ إِذْ تَأْمُرُونَنَا أَن نَّكْفُرَ بِاللَّهِ وَنَجْعَلَ لَهُ أَندَادًا ۚ وَأَسَرُّوا النَّدَامَةَ لَمَّا رَأَوُا الْعَذَابَ ۚ وَجَعَلْنَا الْأَغْلَالَ فِي أَعْنَاقِ الَّذِينَ كَفَرُوا ۚ هَلْ يُجْزَوْنَ إِلَّا مَا كَانُوا يَعْمَلُونَ ﴿٣٣﴾

৩৫। অদুগা ঐখোইনা কদৌনুংদসু থাখিদে চেকশনহন্নবগী পাওমেনবা মী অমতা শহর অমদা (মদুদা লৈবা মীশিংবু খঙহন্নবগী নত্তনা), তৌইগুম্বসুং মদুদা লৈরম্বা নুংঙাই-য়াইফবশিংনা হায়খিঃ "ঐখোইনা থাজদে নখোইদা শীন্নদুনা থারকলিবা অদু।"

وَمَا أَرْسَلْنَا فِي قَرْيَةٍ مِّن نَّذِيرٍ إِلَّا قَالَ مُتْرَفُوهَا إِنَّا بِمَا أُرْسِلْتُم بِهِ كَافِرُونَ ﴿٣٤﴾

৩৬। অদুগা মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইদি (নখোইদগী হেন্না) লন্থোইবনি অমসুং চায়াম লৈবনি, অমসুং ঐখোইবু চৈরাক থাবিরোই।"

وَقَالُوا نَحْنُ أَكْثَرُ أَمْوَالًا وَأَوْلَادًا وَمَا نَحْنُ بِمُعَذَّبِينَ ﴿٣٥﴾

৩৭। হায়য়ু ঃ "তশেংবমক. ঐগী মপুনা হেনগৎহল্লি চিঞ্জাক মহাকনা চানবিবশিংগী অমসুং রাৎহল্লি (মদু মহাকনা রাৎহন্নীংবশিংগী) : তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা খঙদে (মসি)।

قُلْ إِنَّ رَبِّي يَبْسُطُ الرِّزْقَ لِمَنْ يَشَاءُ وَيَقْدِرُ وَلَٰكِنَّ أَكْثَرَ النَّاسِ لَا يَعْلَمُونَ ۝٣٦ ع

৫ শুবা রুকূ

৩৮। অদুগা নখোইগী নরন-নথুম নত্তগা নচা-নশুশিংনা য়ারোই পুরকপা ঐখোইগী নাক্তা থাক কানা, তৌইগুম্বসুং অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা তৌবা মখোইদু ফংগনি মনা-মথিন পোংমা মখোইনা তৌখিবা (থবক)শিংগী। অদুগা মখোই লৈগনি (স্বর্গ লৈকোনগী) অৱাংবা মহলশিংদা।

وَمَا أَمْوَالُكُمْ وَلَا أَوْلَادُكُمْ بِالَّتِي تُقَرِّبُكُمْ عِنْدَنَا زُلْفَىٰ إِلَّا مَنْ آمَنَ وَعَمِلَ صَالِحًا فَأُولَٰئِكَ لَهُمْ جَزَاءُ الضِّعْفِ بِمَا عَمِلُوا وَهُمْ فِي الْغُرُفَاتِ آمِنُونَ ۝٣٧

৩৯। অদুগা অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা হোৎনবা অরেম্বদা তাহন্নবগী ঐখোইগী পাওজেন-শিংবু, মখোইবু হাজির তৌবিগনি রায়েল-চৈরাকদা।

وَالَّذِينَ يَسْعَوْنَ فِي آيَاتِنَا مُعَاجِزِينَ أُولَٰئِكَ فِي الْعَذَابِ مُحْضَرُونَ ۝٣٨

৪০। হায়য়ু ঃ "তশেংবমক ঐগী মপুনা হেনগৎ-হনবি চিঞ্জাক মহাকনা চানবিবা মনাইশিংগী অমসুং রাৎহল্লি (মদু মহাকনা রাৎহন্নীংবশিংগী)। অদুগা নখোইনা খরচ তৌবমখৈ (অফবগী মরমদা) মহাকনা অমুকহন্না পীবিরক্কনি : অমসুং মহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না পীনহৈবনি।

قُلْ إِنَّ رَبِّي يَبْسُطُ الرِّزْقَ لِمَنْ يَشَاءُ مِنْ عِبَادِهِ وَيَقْدِرُ لَهُ ۚ وَمَا أَنْفَقْتُمْ مِنْ شَيْءٍ فَهُوَ يُخْلِفُهُ ۖ وَهُوَ خَيْرُ الرَّازِقِينَ ۝٣٩

৪১। অদুগা নীংশিঙভু নুমিৎ অদুদা মহাকনা পুম্নপা খোমজিনবিগনি মখোইবু, মতম অদুদা মহাকনা হায়বিগনি স্বর্গ দূতশিংদা ঃ "নখোইবুরা মখোইনা ঈরাৎ-পুজা তৌখিবদু ?"

وَيَوْمَ يَحْشُرُهُمْ جَمِيعًا ثُمَّ يَقُولُ لِلْمَلَائِكَةِ أَهَٰؤُلَاءِ إِيَّاكُمْ كَانُوا يَعْبُدُونَ ۝٤٠

৪২। মখোইনা পাওখুমগনি ঃ "নহাক্তি অশেংবনি অমসুং নহাক্তি ঙাকপিবনি ঐখোইবু মখোইদগী। (মখোইনা পুজা তৌখিবদি ঐখোইবু) নত্তে, মখোইনা ঈরাৎখি জিনশিংবু ; মখোই অয়াম্বনা থাজখি মখোইবু।"

قَالُوا سُبْحَانَكَ أَنْتَ وَلِيُّنَا مِنْ دُونِهِمْ ۖ بَلْ كَانُوا يَعْبُدُونَ الْجِنَّ ۖ أَكْثَرُهُمْ بِهِمْ مُؤْمِنُونَ ۝٤١

৪৩। (অসি হায়বিগনি মখোইদা ঃ) "মরমদুনা ঙসিদি নখোইগী নপাঙ্গল করিসু লৈররোই কান্নবা

فَالْيَوْمَ لَا يَمْلِكُ بَعْضُكُمْ لِبَعْضٍ نَفْعًا وَلَا ضَرًّا

وَنَقُولُ لِلَّذِينَ ظَلَمُوا ذُوقُوا عَذَابَ النَّارِ الَّتِي كُنتُم بِهَا تُكَذِّبُونَ ﴿٤٢﴾

নত্ত্রগা অমাঙবা তৌবগী কনা অমদা।" অদুগা ঐখোইনা হায়বিগনি অরানবা লম্বীনখিবশিংদাঃ "নখোই তংঙু মহাউ খাম্বি মৈগী চৈরাক মদু নখোইনা য়াখিদে (সংসারদা হিংলিঙেদা)।"

وَإِذَا تُتْلَىٰ عَلَيْهِمْ آيَاتُنَا بَيِّنَاتٍ قَالُوا مَا هَٰذَا إِلَّا رَجُلٌ يُرِيدُ أَن يَصُدَّكُمْ عَمَّا كَانَ يَعْبُدُ آبَاؤُكُمْ وَقَالُوا مَا هَٰذَا إِلَّا إِفْكٌ مُّفْتَرًى ۚ وَقَالَ الَّذِينَ كَفَرُوا لِلْحَقِّ لَمَّا جَاءَهُمْ إِنْ هَٰذَا إِلَّا سِحْرٌ مُّبِينٌ ﴿٤٣﴾

৪৪। অদুগা ঐখোইগী তশেং-তশেংবা পাওজেনশিং থীথদুনা তাহলবদা মখোইদা, মখোইনা হায় (নংবু)ঃ "মহাক অসিগুম্বা মীতানি মহাকনা ওথোকহন্নীংই নখোইবু নখোইগী প্রম-প্রানা ঈরাৎখিবা (লাইশিং) অদুদগী।" অদুগা (অমুকসু) মখোইনা হায় (কুরআনগী মরমদা)ঃ "মসি করিসু নত্তে জাল তৌদুনা শেমখিবা মীনম্বনি।" অমসুং লমফৈ-খোঙফম্নবা মখোইদুনা হায় অচুম্বগী মরমদা মদু লাকখিবদা মখোইদাঃ "মসি করিসু নত্তে তশেংলবা জাদু-মন্ত্রনি।"

وَمَا آتَيْنَاهُم مِّن كُتُبٍ يَدْرُسُونَهَا ۖ وَمَا أَرْسَلْنَا إِلَيْهِمْ قَبْلَكَ مِن نَّذِيرٍ ﴿٤٤﴾

৪৫। অদুগা ঐখোইনা পীখিদে মখোইবু করিগুম্বা কিতাব অমতা মখোইনা পানবগী নত্ত্রগা ঐখোইনা থাখিদে মখোইদা চেকশনহন্নবা পাওমেনবা মী অমতা নংগী মমাংদা।

وَكَذَّبَ الَّذِينَ مِن قَبْلِهِمْ وَمَا بَلَغُوا مِعْشَارَ مَا آتَيْنَاهُمْ فَكَذَّبُوا رُسُلِي ۖ فَكَيْفَ كَانَ نَكِيرِ ﴿٤٥﴾

৪৬। অদুগা মখোইগী মমাংদা লৈরম্বা মী (রোন) শিংনসু য়াখিদে (অচুম্বা পাওজেন) অমসুং মখোইসি ফংখিদরি তরা থোকপগী শরুক অমা ঐখোইনা পীখিবা অদুগী (মমাংঙেগী অথোই-নাপলনবশিং) মখোইদা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা য়াখিদে ঐগী দূতশিংবু। কয়াদা (অকিবগী মশক ওইখ্রবা) ঐবু য়াখিদবগী (চৈরাক)!

قُلْ إِنَّمَا أَعِظُكُم بِوَاحِدَةٍ ۖ أَن تَقُومُوا لِلَّهِ مَثْنَىٰ وَفُرَادَىٰ ثُمَّ تَتَفَكَّرُوا ۚ مَا بِصَاحِبِكُم مِّن جِنَّةٍ ۚ إِنْ هُوَ إِلَّا نَذِيرٌ لَّكُم بَيْنَ يَدَيْ عَذَابٍ شَدِيدٍ ﴿٤٦﴾

৪৭। হায়য়ু (ধর্ম্ম চত্তবশিংদা)ঃ "ঐনা পাওতাক পীরিবনি নখোইবু থবক অমা তৌনবগী (মদুদি)ঃ নখোই হৌগৎলু অল্লাহগীদমক্তা অনি-অনি অমসুং অমমমতা ওইনা, অদুগী তুংদা মুন্না ৱাখল তৌ। (নখোই শোয়দনমক খঙগনি) নখোইগী মরূপ লেংতিন্নবদু অঙাওবা লাইচুবা নত্তেঃ মহাক্তি চেকশনহন্নবগী পাওমেনবা মীনি নখোইদা নকশল্লকলবা শাথীবা ৱায়েল-চৈরাক অমগী।

قُلْ مَا سَأَلْتُكُمْ مِنْ أَجْرٍ فَهُوَ لَكُمْ ۖ إِنْ أَجْرِيَ إِلَّا عَلَى اللَّهِ ۖ وَهُوَ عَلَىٰ كُلِّ شَيْءٍ شَهِيدٌ ﴿٤٧﴾

৪৮। হায়য়ু ঃ "করিগুম্বা অরামল (ঐনা পাও শন্দোকপগী) ঐনা পীযু হায়জখ্রবসু নখোইদা, মদু নখোই নশামক্কীনি। ঐগী অরামলদি লৈ মনাক্তা অল্লাহতগী; অমসুং মহাক্তি সাক্ষীনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।"

قُلْ إِنَّ رَبِّي يَقْذِفُ بِالْحَقِّ عَلَّامُ الْغُيُوبِ ﴿٤٨﴾

৪৯। হায়য়ু ঃ "তশেংবমক ঐগী মপুনা হুনজিল্লি অচুম্বা (অরানবা মফমদা অমসুং চাইথোকই মদুবু); মহাক্তি অখঙবনি অরোন-অথুপ্পা পুম্নমক।"

قُلْ جَاءَ الْحَقُّ وَمَا يُبْدِئُ الْبَاطِلُ وَمَا يُعِيدُ ﴿٤٩﴾

৫০। হায়য়ু ঃ "অচুম্বা লাকখ্রে অমসুং মীনম্বনা পুথোকপা ঙমখিদ্রে (অফবা করিমতা) নত্ত্রগা ঙম্মরোই অমুকহন্না পুথোকপা মদু।"

قُلْ إِنْ ضَلَلْتُ فَإِنَّمَا أَضِلُّ عَلَىٰ نَفْسِي ۖ وَإِنِ اهْتَدَيْتُ فَبِمَا يُوحِي إِلَيَّ رَبِّي ۚ إِنَّهُ سَمِيعٌ قَرِيبٌ ﴿٥٠﴾

৫১। হায়য়ু ঃ "ঐনা লম্মুক্করবদি, ঐ ইশামক্তা লম্মুক্কজে; অমসুং ঐনা লমজিং খোঙফম্মরবদি, মসি (ঐনা ইনবগীনি) ঐগী মপুনা ফোংদোক-পিরকপদু ঐঙোন্দা। তশেংবমক মহাক্তি পোৎ পুম্নমক তাবনি, নক্কা লৈবনি।

وَلَوْ تَرَىٰ إِذْ فَزِعُوا فَلَا فَوْتَ وَأُخِذُوا مِنْ مَكَانٍ قَرِيبٍ ﴿٥١﴾

৫২। অদুগা নংনা করিগুম্বা উরলমদি মখোইনা তুজুং-মিপাইবা (অল্লাহগী চৈরাক দণ্ডি লাকপদা); অদুগী মতমদা (মখোই) নাথোকপা লৈরোই অমসুং মখোইবু ফাজিনবিগনি অনকপা মফম অমদগী।

وَقَالُوا آمَنَّا بِهِ وَأَنَّىٰ لَهُمُ التَّنَاوُشُ مِنْ مَكَانٍ بَعِيدٍ ﴿٥٢﴾

৫৩। অদুগা (খমনুং শরা তানখ্রবা মতুংদা) মখোইনা হায়গনি ঃ "ঐখোই (হৌজিক্তা) থাজরকলি (অচুম্বদু)।" তৌইগুম্বসুং করম্না মখোইনা ফংবা য়াগনি (সংসারগী ধর্ম্ম খোঙফম) অসুপ লাপখ্রবা মফমদগী?

وَقَدْ كَفَرُوا بِهِ مِنْ قَبْلُ ۖ وَيَقْذِفُونَ بِالْغَيْبِ مِنْ مَكَانٍ بَعِيدٍ ﴿٥٣﴾

৫৪। মখোই তশেংনমক থাজখিদে মদু (শিদরিঙৈগী মমাংদা; অমসুং মখোইনা ঙাঙই ভাবনা শাজিনবতা অরাপ্পা মফম অমদগী।

وَحِيلَ بَيْنَهُمْ وَبَيْنَ مَا يَشْتَهُونَ كَمَا فُعِلَ

৫৫। অদুগা পর্দা অমা থম্বিখ্রে মরক্তা মখোই অমসুং মখোইনা পামজরম্বা অদুগী, তৌবিখিব-

بِأَشْيَاعِهِم مِّن قَبْلُ ۚ إِنَّهُمْ كَانُوا فِي شَكٍّ مُّرِيبٍ ﴿٥٤﴾

গুম্না মখোইগুম্বা (মীওইশিং) মমাংঙৈদা লৈরম্বদা। তশেংবমক মখোই চিংনবনা মপুকনিং চরাংনরম্মী।



অল-ফাতির সূরহ ৩৫

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৪৬ নি)

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ﴿١﴾

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

الْحَمْدُ لِلَّهِ فَاطِرِ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ جَاعِلِ الْمَلَائِكَةِ رُسُلًا أُولِي أَجْنِحَةٍ مَّثْنَىٰ وَثُلَاثَ وَرُبَاعَ ۚ يَزِيدُ فِي الْخَلْقِ مَا يَشَاءُ ۚ إِنَّ اللَّهَ عَلَىٰ كُلِّ شَيْءٍ قَدِيرٌ ﴿٢﴾

২। থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহবুনি, লৈশেম নুংশেম্বনি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী, মহাকনা শীজিন্নৈ স্বর্গ-দুতশিংবু পাখোল্লোইশিং ওইনা, মখোইগী পাল্লি মশা অনি, অহুম অমসুং মরি। মহাকনা হেনগৎহল্লি (মহাক্কী) খুৎশেম মহাকনা পাম্বগী মতুংইন্না। তশেংবমক অল্লাহদি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

مَّا يَفْتَحِ اللَّهُ لِلنَّاسِ مِن رَّحْمَةٍ فَلَا مُمْسِكَ لَهَا ۖ وَمَا يُمْسِكْ فَلَا مُرْسِلَ لَهُ مِن بَعْدِهِ ۚ وَهُوَ الْعَزِيزُ الْحَكِيمُ ﴿٣﴾

৩। অল্লাহনা পীবা থৌজালপুম্বা তাইবঙ মীওইবশিংদা—কনামতনা ভমদে থিংবা মদু (হৈথবিরকপদা অচুম্বা থাজবশিংদা); অমসুং মহাকনা থিংখিবদা (মদু), কনামতনা ভমদে থাদোরকপা মদু অদুগী তুংদা। অদুগা মহাক্তি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

يَا أَيُّهَا النَّاسُ اذْكُرُوا نِعْمَتَ اللَّهِ عَلَيْكُمْ ۚ هَلْ مِنْ خَالِقٍ غَيْرُ اللَّهِ يَرْزُقُكُم مِّنَ السَّمَاءِ وَالْأَرْضِ ۚ لَا إِلَٰهَ إِلَّا هُوَ ۖ فَأَنَّىٰ تُؤْفَكُونَ ﴿٤﴾

৪। হে মীওইবশিং! নীংশিংভু অল্লাহগী থৌজাল পীখিবদু নখোইদা। লৈরব্রা অতোপ্পা লৈশেম-নুংশেম্বা অমা অল্লাহ নত্তবা মহাকনা চিঞ্জাক হুনবা নখোইদা স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদগী? অল্লাহ নত্তবা চীঙুলাই অমতা লৈতবান; করম্না নখোই নমায় ওহোকলিবা (মহাকপু থাদোক্তুনা)?

৫। অদুগা মখোইনা য়াদ্রবদি নংবু, তশেংবমক য়াবিখিদে রসুলশিংবু নংগী মমাংদা। অদুগা অল্লাহদা হনজিনফমনি থবক পুম্নমক্কী (রা লেপ্লবগীদমক)।

وَإِن يُكَذِّبُوكَ فَقَدْ كُذِّبَتْ رُسُلٌ مِّن قَبْلِكَ ۚ وَإِلَى اللَّهِ تُرْجَعُ الْأُمُورُ ۝٥

৬। হে মীওইবশিং! থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহগী ৱাশক্তি অচুম্বনি। মরমদুনা তাইবঙ-পুন্সিনা নমথাক তৌদসনু নখোইবু নত্ত্রগা লৌনমজাওবনা নমথাক তৌদসনু নখোইবু অল্লাহগী মরমদা।

يَا أَيُّهَا النَّاسُ إِنَّ وَعْدَ اللَّهِ حَقٌّ ۖ فَلَا تَغُرَّنَّكُمُ الْحَيَاةُ الدُّنْيَا ۖ وَلَا يَغُرَّنَّكُم بِاللَّهِ الْغَرُورُ ۝٦

৭। তশেংবমক, শৈতানদি য়েক্কবনি নখোইদা: মরমদুনা লৌ মহাকপু য়েক্কবা ওইনা। মহাকনা বারতোন তৌই মহাক্কী মতুং ইনবশিংবুতা অদুনা মখোই ওইনবা মরূপ ড্রুং-ড্রুং চাকপা খাম্বি মৈগী।

إِنَّ الشَّيْطَانَ لَكُمْ عَدُوٌّ فَاتَّخِذُوهُ عَدُوًّا ۚ إِنَّمَا يَدْعُو حِزْبَهُ لِيَكُونُوا مِنْ أَصْحَابِ السَّعِيرِ ۝٧

৮। অচুম্বা থাজদবশিংদু ফংগনি অকনবা রায়েল-চৈরাক। তৌইগুম্বসুং অচুম্বা থাজখ্রবা অমসুং অফবা লম্বীনখ্রবা মখোইগীদমক্তি কোকপিবনি অমসুং অচৌবা মনা-মথিন (ফংনিঙঙাই) নি। ২ শুবা রুকূ

الَّذِينَ كَفَرُوا لَهُمْ عَذَابٌ شَدِيدٌ ۖ وَالَّذِينَ آمَنُوا وَعَمِلُوا الصَّالِحَاتِ لَهُم مَّغْفِرَةٌ وَأَجْرٌ كَبِيرٌ ۝٨

৯। অদুগুম্বা মী মহাক্কী। ফত্তবা থবকশিংবু অফবা ওইনা উহনবিখ্রবা মঙোন্দা, অদুনা মহাকনা লুনা তৌখ্রবা মদুবু অফবা ওইনা (মান্নবা য়াব্রা অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা তৌবা মহাক্কা)? তশেংবমক, অল্লাহনা লম্মুক্কহনবি মহাকনা তৌবিনীংবা (লমচৎ নাইদবা)বু অমসুং লমজিংবি মহাকনা অপাম্বা (হায়ব ইনবা)বু। মরমদুনা নংগী নথরাই অরেম্বদা মাঙহনগনু অরাবা চাদুনা (হায়বা য়াগন্দবশিং)গী দমক। তশেংবমক অল্লাহনা খঙই মখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

أَفَمَن زُيِّنَ لَهُ سُوءُ عَمَلِهِ فَرَآهُ حَسَنًا ۖ فَإِنَّ اللَّهَ يُضِلُّ مَن يَشَاءُ وَيَهْدِي مَن يَشَاءُ ۖ فَلَا تَذْهَبْ نَفْسُكَ عَلَيْهِمْ حَسَرَاتٍ ۚ إِنَّ اللَّهَ عَلِيمٌ بِمَا يَصْنَعُونَ ۝٩

১০। অদুগা অল্লাহননি শিৎহল্লিবা নুংশিৎ মদুনা পুখৎলি নোং; অদুগী তুংদা ঐখোইনা হোইদুনা পুই মখোইবু শিরবা লম অমদা, অমসুং মদুগী মতেংনা ঐখোইনা হিংগৎহল্লি পৃথিবীবু মানা শিরমলবা মতুংদা। মওং অমতদা (মীশিং) শিরবা মতুংদা অমুক হিংগৎহনৱিগনি।

وَاللَّهُ الَّذِي أَرْسَلَ الرِّيَاحَ فَتُثِيرُ سَحَابًا فَسُقْنَاهُ إِلَىٰ بَلَدٍ مَّيِّتٍ فَأَحْيَيْنَا بِهِ الْأَرْضَ بَعْدَ مَوْتِهَا ۚ كَذَٰلِكَ النُّشُورُ ۝١٠

১১। কনাগুম্বনা পামলবদি শক্তি (অমসুং ইজ্জৎ, মহাক খঙজসনু) শক্তি (অমসুং ইজ্জৎ) পুম্নমক অল্লাহনা মপু ওইবনি। মঙোন্দা কাখৎলি অফবা রাহৈশিং অমসুং অফবা থবকশিং মহাকনা রাংখৎহল্লি। অদুগা ফত্তবা থৌরাংবশিংদু (অচুম্বা য়েথুনবগী), মখোইগীদমক্তি শাথীবা রায়েল-চৈরাকনি; অমসুং শরৌ লাংলৌ মখোইগী তুম্না মাঙগনি।

مَنْ كَانَ يُرِيدُ الْعِزَّةَ فَلِلّٰهِ الْعِزَّةُ جَمِيعًا ۚ إِلَيْهِ يَصْعَدُ الْكَلِمُ الطَّيِّبُ وَالْعَمَلُ الصَّالِحُ يَرْفَعُهُ ۚ وَالَّذِينَ يَمْكُرُونَ السَّيِّئَاتِ لَهُمْ عَذَابٌ شَدِيدٌ ۖ وَمَكْرُ أُولٰئِكَ هُوَ يَبُورُ ⑪

১২। অদুগা অল্লাহগা শেমখি নখোইবু (অহানবদা) উফুলদগী, অদুগী তুংদা (অঙাং শানবা নিপাগী ফম্বীদা য়াওবা) মহীক অমদগী, অদুগী তুংদা মহাকনা শেমখি নখোইবু জোড়া-জোড়া। নুপী কনামতা গর্ভ পুদে নত্তগা মহাকনা পোক্তে অঙাং অল্লাহগী খ্বাল্লা ফংদবদা। অদুগা অহল ওইরবা কনামতা পুন্সি শাংনা লৈহনবিদে নত্তগা মহাক্কী (লেপখিবা) চহিদগী করিসু হংথহনবা তৌদে, তৌইগুম্বসুং মসি (য়েকশিন্দুনা) লৈ কিতাব অমদা (অল্লাহগী হুকুমগী)। তশেংবমক, মদু ঈলায়-লায়বা থবকনি অল্লাহদা।

وَاللّٰهُ خَلَقَكُمْ مِنْ تُرَابٍ ثُمَّ مِنْ نُطْفَةٍ ثُمَّ جَعَلَكُمْ أَزْوَاجًا ۚ وَمَا تَحْمِلُ مِنْ أُنْثَىٰ وَلَا تَضَعُ إِلَّا بِعِلْمِهِ ۚ وَمَا يُعَمَّرُ مِنْ مُعَمَّرٍ وَلَا يُنْقَصُ مِنْ عُمُرِهِ إِلَّا فِي كِتَابٍ ۚ إِنَّ ذٰلِكَ عَلَى اللّٰهِ يَسِيرٌ ⑫

১৩। অদুগা (পৃথিবীদা লৈবা) সমুদ্র (মখল) অনিমক মান্নদে; অমনা অহাউবনি, অথুম্বনি, থকপদা নুংঙাইবনি—অমসুং অতোপ্পনা থুমহীনি, অয়াকপনি। অদুম ওইনমক মখোই অনিদগী নখোইনা চাই তগৎ-তগৎ তেকপা মতোং (ঙাশিংগী) অমসুং লৌথোকই লৈতেংশিং (মণি মুক্তাগুম্বা) মদু নখোইনা (হকচাংদা)শি। অদুগা নংনা উই জাহাজশিং হোনবা (ঈথকশিং) খায়দোক্তুনা মদুগী মনুংদা, অদুনা নখোইনা থিনবা মহাক্কী থৌজাল (লল্লোন ইতিক তৌদুনা) অমসুং নখোইনা তৌবিমল খঙবা উৎচনবা।

وَمَا يَسْتَوِي الْبَحْرَانِ ۖ هٰذَا عَذْبٌ فُرَاتٌ سَائِغٌ شَرَابُهُ وَهٰذَا مِلْحٌ أُجَاجٌ ۖ وَمِنْ كُلٍّ تَأْكُلُونَ لَحْمًا طَرِيًّا وَتَسْتَخْرِجُونَ حِلْيَةً تَلْبَسُونَهَا ۖ وَتَرَى الْفُلْكَ فِيهِ مَوَاخِرَ لِتَبْتَغُوا مِنْ فَضْلِهِ وَلَعَلَّكُمْ تَشْكُرُونَ ⑬

১৪। মহাকনা ওইহল্লি (অমম্বা) অহিংবু (অঙানবা) নুংথিল অমসুং মহাকনা ওইহল্লি

يُولِجُ اللَّيْلَ فِي النَّهَارِ وَيُولِجُ النَّهَارَ فِي اللَّيْلِ

وَسَخَّرَ الشَّمْسَ وَالْقَمَرَ ۖ كُلٌّ يَجْرِي لِأَجَلٍ مُّسَمًّى ۚ ذَٰلِكُمُ اللَّهُ رَبُّكُمْ لَهُ الْمُلْكُ ۚ وَالَّذِينَ تَدْعُونَ مِن دُونِهِ مَا يَمْلِكُونَ مِن قِطْمِيرٍ ﴿١٤﴾

(অঙানবা) নুংথিলবু (অমম্বা) অহিং; অমসুং মহাকনা নমদুনা তৌহল্লি নুমিৎ অসুং থাবু মখোইগী থবকশিং; মখোই খুদিং চৎলি মাগী মাগী লম্বী অকক্পবা মতম অমগী। অসিগুম্বনি অল্লাহ, নখোইগী মপুদু; মহাক্কী শাসননি (জগৎপুম্বদা), তৌইগুম্বসুং নখোইনা কৌজরিবা অল্লাহ নত্তবা (খোয়ম লাই) শিংদু মপু ওইদে ঈনা অমা ফাওবগী।

إِن تَدْعُوهُمْ لَا يَسْمَعُوا دُعَاءَكُمْ وَلَوْ سَمِعُوا مَا اسْتَجَابُوا لَكُمْ ۖ وَيَوْمَ الْقِيَامَةِ يَكْفُرُونَ بِشِرْكِكُمْ ۚ وَلَا يُنَبِّئُكَ مِثْلُ خَبِيرٍ ﴿١٥﴾

১৫। নখোইনা কৌরবদি (লাইশিং) মখোইবু, মখোইনা তাদে নখোইনা কৌবদু; অমসুং মখোইনা করিগুম্বা তারবা ফাওবদা মদু, মখোইনা ঙমদে পাওখুম্বা নখোইদা। অদুগা শিবদগী অমুক হিংগৎহনবা নুমিত্তা মখোইনা য়ারোই নখোইনা হায়জিল্লম্বদু মখোইবু (অল্লাহগী) মশরুক য়ামিন্নবনি হায়না। কনানসু ঙমলোই খঙহনবা নখোইবু (অচুম্বদু) ইখঙ-খঙবা (অল্লাহ)গা মান্ননা।

৩ শুবা রুকূ

يَا أَيُّهَا النَّاسُ أَنتُمُ الْفُقَرَاءُ إِلَى اللَّهِ ۖ وَاللَّهُ هُوَ الْغَنِيُّ الْحَمِيدُ ﴿١٦﴾

১৬। হে মীওইবশিং! নখোইনি দরকার ওইরিবদি অল্লাহগী (মতেং অমসুং লমজিং), তৌইগুম্বসুং অল্লাহ মহাক্তি অৱাৎ-অপা লৈতবনি, থাগৎপদা থোইদোক্লা মতিকচাবনি।

إِن يَشَأْ يُذْهِبْكُمْ وَيَأْتِ بِخَلْقٍ جَدِيدٍ ﴿١٧﴾

১৭। মহাকনা তৌনীংলবদি, মহাকনা ঙম্মি মাঙহনবিখিবা নখোইবু অমসুং পুরকপা অনৌবা খুৎশেম অমা (নখোইগী মহুত্তা);

وَمَا ذَٰلِكَ عَلَى اللَّهِ بِعَزِيزٍ ﴿١٨﴾

১৮। অমসুং মসি অরুবা থবক নত্তে অল্লাহদা।

وَلَا تَزِرُ وَازِرَةٌ وِزْرَ أُخْرَىٰ ۚ وَإِن تَدْعُ مُثْقَلَةٌ إِلَىٰ حِمْلِهَا لَا يُحْمَلْ مِنْهُ شَيْءٌ وَلَوْ كَانَ ذَا قُرْبَىٰ ۗ إِنَّمَا تُنذِرُ الَّذِينَ يَخْشَوْنَ رَبَّهُم بِالْغَيْبِ وَ

১৯। অদুগা পোৎলুম পুবা কনামতনা পুবিরোই (পাপকী) পোৎলুম অতোপ্পা অমগী; অমসুং নম্বো-পোৎলুম পুবা অমনা লাউরকপদা অতোপ্পা অমনা পুবিনবগী মহাক্কী পোৎলুম, মদুগী (শরুক) খজিক্তং ফাওবা পুবিরোই কনানসু, মহাক্না নকপা মরী থোক্লরবা ফাওবদসু। নংনা চেকশিন্নবা হায়বিবা য়াগনি অদুগুম্বা মীওইশিংতবু মখোইনা (ভক্তিগা লোয়ননা) কিজে মখোইগী মপুবু

أَقَامُوا الصَّلٰوةَ ۚ وَمَنْ تَزَكّٰى فَإِنَّمَا يَتَزَكّٰى لِنَفْسِهٖ ۚ وَإِلَى اللّٰهِ الْمَصِيرُ ﴿١٩﴾

অরোনবদা অমসুং তৌই নমাজ (চাং নাইনা)। অদুগা কনাগুম্বনা শেংদোকচরবদি মশাবু, শেংদোকচবনি মতোম মশাবু মহাক্কী ফনবগী-দমক; অমসুং অল্লাহদা (মী পুম্নমক্কী) হনজিনফমনি।

وَمَا يَسْتَوِي الْأَعْمٰى وَالْبَصِيرُ ﴿٢٠﴾

২০। অদুগা মান্নদে মমিৎ তাংবগা অমসুং মমিৎ উবগা,

وَلَا الظُّلُمٰتُ وَلَا النُّورُ ﴿٢١﴾

২১। নত্তগা অমম্বগা অমসুং অঙানবগা,

وَلَا الظِّلُّ وَلَا الْحَرُورُ ﴿٢٢﴾

২২। নত্তগা উরুমগা অমসুং নুংশাগা;

وَمَا يَسْتَوِي الْأَحْيَاءُ وَلَا الْأَمْوَاتُ ۚ إِنَّ اللّٰهَ يُسْمِعُ مَنْ يَشَاءُ ۖ وَمَا أَنْتَ بِمُسْمِعٍ مَنْ فِي الْقُبُورِ ﴿٢٣﴾

২৩। নত্তগা মান্নদে অহিংবগা অমসুং অশিবগা। তশেংবমক, অল্লাহনা তাহল্লি মহাকনা অপাম্বা (মতিকচাবা)বু; তৌইগুম্বসুং নংনা ঙমলোই তাহনবা কবরশিংদা লৈবা মখোইদু।

إِنْ أَنْتَ إِلَّا نَذِيرٌ ﴿٢٤﴾

২৪। নংদি করিসু ওইদে চেকশনহন্নবগী পাওমেনবা মী অমা নত্তনা।

إِنَّا أَرْسَلْنٰكَ بِالْحَقِّ بَشِيرًا وَنَذِيرًا ۚ وَإِنْ مِنْ أُمَّةٍ إِلَّا خَلَا فِيهَا نَذِيرٌ ﴿٢٥﴾

২৫। তশেংবমক, ঐখোইনা থাখি নংবু লোয়ননা অচুম্বগা (ঐখোইদগী), হরাওবা পাও পুবা অমা ওইনা অমসুং চেকশনহন্নবগী পাওমেনবা অমা ওইনা। অদুগা জাতি অমতা লৈতে (পৃথিবীদা) মখোইদা চেকশনহন্নবগীপাওমেনবা মী থাবিখিদবা (নংগী মমাংদা)।

وَإِنْ يُكَذِّبُوكَ فَقَدْ كَذَّبَ الَّذِينَ مِنْ قَبْلِهِمْ ۚ جَاءَتْهُمْ رُسُلُهُمْ بِالْبَيِّنٰتِ وَبِالزُّبُرِ وَبِالْكِتٰبِ الْمُنِيرِ ﴿٢٦﴾

২৬। অদুগা মখোইনা মীনম্বা তাহল্লবদি নংবু, (মদু করিসু ঙকনিঙঙাই লৈতে, মরমদি) মখোইগী মমাংদা লৈরম্বা (মীরোন) শিংন (সু তশেংনমক) তৌবিখি (মখোইগী রসুলশিংবু) মীনম্বশিংনি হায়না। মখোইগী রসুলশিং লাকখি মখোইদা লোয়ননা তশেংবা খুদমশিং অমসুং ধর্ম্ম-গ্রন্থশিং অমসুং (হিংনবগী) মঙাল পীবা কিতাবগা।

ثُمَّ أَخَذْتُ الَّذِينَ كَفَرُوا فَكَيْفَ كَانَ نَكِيرِ ﴿٢٧﴾ ع ١٥

২৭। অদুগী তুংদা ঐনা ফাজিনবিখি লমফে-খোঙফম্নবশিংবু (লাঙ্গোয় চন্দুনা), মরমদুনা (য়েংউ!) কয়াদা (অকিবগী মশক ওইখ্রবা) ঐবু য়াখিদবগী (চৈরাক)!

৪ শুবা রুকূ

ﺃَﻟَﻢْ ﺗَﺮَ ﺃَﻥَّ ﺍﻟﻠَّﻪَ ﺃَﻧﺰَﻝَ ﻣِﻦَ ﺍﻟﺴَّﻤَﺎﺀِ ﻣَﺎﺀً ﻓَﺄَﺧْﺮَﺟْﻨَﺎ ﺑِﻪِ ﺛَﻤَﺮَﺍﺕٍ ﻣُّﺨْﺘَﻠِﻔًﺎ ﺃَﻟْﻮَﺍﻧُﻬَﺎ ۚ ﻭَﻣِﻦَ ﺍﻟْﺠِﺒَﺎﻝِ ﺟُﺪَﺩٌ ﺑِﻴﺾٌ ﻭَﺣُﻤْﺮٌ ﻣُّﺨْﺘَﻠِﻒٌ ﺃَﻟْﻮَﺍﻧُﻬَﺎ ﻭَﻏَﺮَﺍﺑِﻴﺐُ ﺳُﻮﺩٌ ﴿٢٨﴾

২৮। নং উদব্রা মদুদি অল্লাহনা তাহল্লি নোং-ঈশিং কোরৌ নোংমদোলদগী অমসুং ঐখোইনা পুখোকই মদুগী মতেংনা তোঙান-তোঙানবা মচুগী উহৈশিং ; অমসুং চীংশিংদা লৈ খোঙলম-কাংলমশিং অঙৌবা অমসুং অঙাংবা, তোঙান-তোঙানবা মচুশিং অমসুং অতোপ্পা অতৈনা মুশীন মুই ;

ﻭَﻣِﻦَ ﺍﻟﻨَّﺎﺱِ ﻭَﺍﻟﺪَّﻭَﺍﺏِّ ﻭَﺍﻟْﺄَﻧْﻌَﺎﻡِ ﻣُﺨْﺘَﻠِﻒٌ ﺃَﻟْﻮَﺍﻧُﻪُ ﻛَﺬَٰﻟِﻚَ ۗ ﺇِﻧَّﻤَﺎ ﻳَﺨْﺸَﻰ ﺍﻟﻠَّﻪَ ﻣِﻦْ ﻋِﺒَﺎﺩِﻩِ ﺍﻟْﻌُﻠَﻤَﺎﺀُ ۗ ﺇِﻥَّ ﺍﻟﻠَّﻪَ ﻋَﺰِﻳﺰٌ ﻏَﻔُﻮﺭٌ ﴿٢٩﴾

২৯। অমসুং তাইবঙ মীশিং অসুং মখোঙ মরি পানবা জীবশিং অমসুং শজিক চাবা শাশিংগী মরক্তসু তোঙান-তোঙানবা মচু লৈ? অল্লাহবু কিজে মহাক্কী মনাইশিংগী মরক্তা জ্ঞানী ওইবশিংতনা। তশেংবমক, অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না য়োনজ-কোকপিহৈবনি।

ﺇِﻥَّ ﺍﻟَّﺬِﻳﻦَ ﻳَﺘْﻠُﻮﻥَ ﻛِﺘَﺎﺏَ ﺍﻟﻠَّﻪِ ﻭَﺃَﻗَﺎﻣُﻮﺍ ﺍﻟﺼَّﻠَﺎﺓَ ﻭَﺃَﻧﻔَﻘُﻮﺍ ﻣِﻤَّﺎ ﺭَﺯَﻗْﻨَﺎﻫُﻢْ ﺳِﺮًّﺍ ﻭَﻋَﻠَﺎﻧِﻴَﺔً ﻳَﺮْﺟُﻮﻥَ ﺗِﺠَﺎﺭَﺓً ﻟَّﻦ ﺗَﺒُﻮﺭَ ﴿٣٠﴾

৩০। তশেংবমক, অল্লাহগী কিতাব পাবশিং অমসুং নমাজ তৌবশিং অমসুং খরচ তৌবশিং ঐখোইনা পীখিবদগী মখোইদা, লোৎনা অমসুং ফোংনা, তৌই আশা শোয়বা লৈতবা কারবার অমগী (অল্লাহদগী),

ﻟِﻴُﻮَﻓِّﻴَﻬُﻢْ ﺃُﺟُﻮﺭَﻫُﻢْ ﻭَﻳَﺰِﻳﺪَﻫُﻢ ﻣِّﻦ ﻓَﻀْﻠِﻪِ ۚ ﺇِﻧَّﻪُ ﻏَﻔُﻮﺭٌ ﺷَﻜُﻮﺭٌ ﴿٣١﴾

৩১। অদুনা মহাকনা পীবিনবা মখোইবু মখোইগী মনা-মথিন পুরা-পুরা অমসুং হেন্না অমুকসু পীবিনবা মহাক্কী থৌজালনা। তশেংবমক মহাক্তি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, খ্বাইদগী হেন্না শীংথানবাহৈবনি।

ﻭَﺍﻟَّﺬِﻱ ﺃَﻭْﺣَﻴْﻨَﺎ ﺇِﻟَﻴْﻚَ ﻣِﻦَ ﺍﻟْﻜِﺘَﺎﺏِ ﻫُﻮَ ﺍﻟْﺤَﻖُّ ﻣُﺼَﺪِّﻗًﺎ ﻟِّﻤَﺎ ﺑَﻴْﻦَ ﻳَﺪَﻳْﻪِ ۗ ﺇِﻥَّ ﺍﻟﻠَّﻪَ ﺑِﻌِﺒَﺎﺩِﻩِ ﻟَﺨَﺒِﻴﺮٌ ﺑَﺼِﻴﺮٌ ﴿٣٢﴾

৩২। অদুগা ঐখোইনা নংঙোন্দা ফোংদোক-পিখিবা কিতাবদু অচুম্বনি, মদুনা চেৎশিনহল্লি মমাংদা লৈরম্বা (কিতাবশিংবু)। তশেংবমক, অল্লাহদি ইখঙ-খঙবনি, পোৎ পুম্নমক উবনি মনাইশিংগী মরমদা।

ﺛُﻢَّ ﺃَﻭْﺭَﺛْﻨَﺎ ﺍﻟْﻜِﺘَﺎﺏَ ﺍﻟَّﺬِﻳﻦَ ﺍﺻْﻄَﻔَﻴْﻨَﺎ ﻣِﻦْ ﻋِﺒَﺎﺩِﻧَﺎ ۖ ﻓَﻤِﻨْﻬُﻢْ ﻇَﺎﻟِﻢٌ ﻟِّﻨَﻔْﺴِﻪِ ﻭَﻣِﻨْﻬُﻢ ﻣُّﻘْﺘَﺼِﺪٌ ﻭَﻣِﻨْﻬُﻢْ

৩৩। মসিগী মতুংদা ঐখোইনা স্বত্ব ফংহনবিখি কিতাবদু ঐখোইগী ইনাইশিংদুদা মখোইবু ঐখোইনা খনগৎপিখি। মখোইগী মরক্তগী (১) কনাগুম্বনা অরানবা লম্বীনহল্লি মশাবু, অমসুং (২) কনাগুম্বনা লৌই ময়ায় ওইরপ্পা লম্বী, অমসুং (৩)

سَابِقٌۢ بِالْخَيْرٰتِ بِاِذْنِ اللّٰهِ ۗ ذٰلِكَ هُوَ الْفَضْلُ الْكَبِيْرُ ۝٣٢

কনাগুম্বনা খ্বাইদগী হেল্লি অফবা লম্বীনবদা অল্লাহগী হুকুমনা। মদু অচৌবা থৌজালনি।

جَنّٰتُ عَدْنٍ يَّدْخُلُوْنَهَا يُحَلَّوْنَ فِيْهَا مِنْ اَسَاوِرَ مِنْ ذَهَبٍ وَّلُؤْلُؤًا ۚ وَلِبَاسُهُمْ فِيْهَا حَرِيْرٌ ۝٣٣

৩৪। মতম-পুম্বগী নুংঙাইদুনতা লৈরগদবা (অঈংবগী) হৈকোন-লৈকোনশিংদা চঙগনি মখোই—মদুগী মনুংদা মখোইবু লৈতেংবিগনি সনা অমসুং মুক্তাগী খুজিশিংনা অমসুং (মশাদা) থোনবিগনি কব্রংগী (ফজবা) ফিজোন।

وَقَالُوا الْحَمْدُ لِلّٰهِ الَّذِيْٓ اَذْهَبَ عَنَّا الْحَزَنَ ۗ اِنَّ رَبَّنَا لَغَفُوْرٌ شَكُوْرُ ۝٣٤

৩৫। অদুগা মখোইনা হায়গনি ঃ "থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহবুনি—মহাকনা লৌথোকপিখ্রে অৱাবা (পুম্নমক) ঐখোইদগী। তশেংবমক ঐখোইগী মপুদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, খ্বাইদগী হেন্না শীংথানবাহৈবনি,

الَّذِيْٓ اَحَلَّنَا دَارَ الْمُقَامَةِ مِنْ فَضْلِهٖ ۚ لَا يَمَسُّنَا فِيْهَا نَصَبٌ وَّلَا يَمَسُّنَا فِيْهَا لُغُوْبٌ ۝٣٥

৩৬। "মহাকনা ক্ষেমা ধর্ম তৌনা থৌজালবিদুনা থম্বিখ্রে ঐখোইবু মতমপুম্বগী ওইবা লৈফমদা, মদুগী মনুংদা অৱাবা ফংলরোই ঐখোইদা নত্তগা চোকথবসু লৈররোই ঐখোইদা।"

وَالَّذِيْنَ كَفَرُوْا لَهُمْ نَارُ جَهَنَّمَ ۚ لَا يُقْضٰى عَلَيْهِمْ فَيَمُوْتُوْا وَلَا يُخَفَّفُ عَنْهُمْ مِّنْ عَذَابِهَا ۗ كَذٰلِكَ نَجْزِيْ كُلَّ كَفُوْرٍ ۝٣٦

৩৭। তৌইগুম্বসুং লমফে-খোঙফম্নবশিংদু — মখোইগী- দমক্তি (তৈয়ার তৌবিখ্রে) নরক্কী মৈ; মখোইবু (২রক হন্না) শিহন্নবগী হুকুম তৌবিরোই নত্তগা মদুগী ৱায়েল-চৈরাক (খজিক্তং ফাওবা) য়াংহনবিরোই মখোইগী মথক্তা। অসুম্না ঐখোইনা মহৈ পীবি তৌবিমল খঙদবা (মী) খুদিংবু।

وَهُمْ يَصْطَرِخُوْنَ فِيْهَا ۚ رَبَّنَآ اَخْرِجْنَا نَعْمَلْ صَالِحًا غَيْرَ الَّذِيْ كُنَّا نَعْمَلُ ۗ اَوَلَمْ نُعَمِّرْكُمْ مَّا يَتَذَكَّرُ فِيْهِ مَنْ تَذَكَّرَ وَجَاۤءَكُمُ النَّذِيْرُ ۗ فَذُوْقُوْا فَمَا

৩৮। অদুগা মখোইনা লাউ-খোংগনি (তেংবাং-বিনবগী) মদুগী মনুংদা (অসি হায়দুনা)ঃ "ঐখোইগী মপুও! লৌথোকপিয়ু ঐখোইবু, ঐখোই অফবা লম্বীনজগে, ঐখোইনা হান্না তৌখিবদু নত্তবা।" (পাওখুম অসি পীবিগনি মখোইদা ঃ) "ঐখোইনা পীখিদৱা নখোইদা অশাংবা পুন্সি অদুনা কনাগুম্বনা ৱাখল তৌনীংলবদি ৱাখল তৌজনবা মদুগী মনুংদা? অদুগা নখোইদা লাকখি চেকশন্নবা হায়বিবা মী(সু)। মরমদুনা (হৌজিক) তংঙু মহাউ

لِلظّٰلِمِيْنَ مِنْ نَّصِيْرٍ

(রায়েল-চৈরাক্কী) : অরানবা লম্বীনবশিংগী লৈতে তেংবাংবিনবা কনামতা।''

৫ শুবা রুকূ

اِنَّ اللّٰهَ عٰلِمُ غَيْبِ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۭ اِنَّهٗ عَلِيْمٌۢ بِذَاتِ الصُّدُوْرِ

৩৯। তশেংবমক, অল্লাহদি অখঙবনি অরোন অথুপ্পা পোৎশিং স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী। মহাকনা তশেংনা খঙই (মীগী) থবাক মনুংদা (লোৎ-শিন্দুনা) লৈবা পুম্নমকসু।

هُوَ الَّذِيْ جَعَلَكُمْ خَلٰۗىِٕفَ فِي الْاَرْضِ ۭ فَمَنْ كَفَرَ فَعَلَيْهِ كُفْرُهٗ ۭ وَلَا يَزِيْدُ الْكٰفِرِيْنَ كُفْرُهُمْ عِنْدَ رَبِّهِمْ اِلَّا مَقْتًا ۚ وَلَا يَزِيْدُ الْكٰفِرِيْنَ كُفْرُهُمْ اِلَّا خَسَارًا

৪০। মহাকননি শেমখিবা নখোইবু (মহাক্কী) মহুৎ শীনবশিং মালেমথক্তা। মরমদুনা কনাগুম্বনা লমফৈ-খোঙফম্নরবদি, মহাক (মশামক)না ফংবা তাই মহাক্কী লমফৈ-খোঙফম্নবগী (তৌজ মতিকমল)। লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী অচুম্বা থাজদবনা হেনগৎহনবদা মথংই তুক্কচবা মখোইগী মপুগী মনাক্তা, অমসুং মখোইগী লমফৈ-খোঙফম্নবনা হেনগৎহল্লি লমফৈ-খোঙফম্নব-শিংবু অমাঙবতা।

قُلْ اَرَءَيْتُمْ شُرَكَاۗءَكُمُ الَّذِيْنَ تَدْعُوْنَ مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ ۭ اَرُوْنِيْ مَاذَا خَلَقُوْا مِنَ الْاَرْضِ اَمْ لَهُمْ شِرْكٌ فِي السَّمٰوٰتِ ۚ اَمْ اٰتَيْنٰهُمْ كِتٰبًا فَهُمْ عَلٰي بَيِّنَتٍ مِّنْهُ ۚ بَلْ اِنْ يَّعِدُ الظّٰلِمُوْنَ بَعْضُهُمْ بَعْضًا اِلَّا غُرُوْرًا

৪১। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ নখোই উরব্রা নখোইগী খোয়ম লাইশিং নখোইনা কৌজরিবা অল্লাহ নত্তবদু ? উহল্লু ঐঙোন্দা মখোইনা করি শেমখিবা পৃথিবীদা ? নত্ত্রগা মখোইগী শরুক য়াওরিব্রা স্বর্গ শেম্বদা ? নত্ত্রগা ঐখোইনা পীখিব্রা মখোইদা কিতাব অমা অদুনা মখোইনা ফংজনবা তশেংবা দলিল অমা মদুদগী (লাইয়াম ঈরাংপা য়াবগী) ? মদু নত্তে, অরানবা লম্বীনবশিং অমনা অমদা তৌই রাশক লৌনম তৌবতগী।

اِنَّ اللّٰهَ يُمْسِكُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضَ اَنْ تَزُوْلَا ڬ وَلَىِٕنْ زَالَتَآ اِنْ اَمْسَكَهُمَا مِنْ اَحَدٍ مِّنْۢ بَعْدِهٖ ۭ اِنَّهٗ كَانَ حَلِيْمًا غَفُوْرًا

৪২। তশেংবমক, অল্লাহনা পায়শিন্দুনা থম্মি স্বর্গ অমসুং পৃথিবী অদুনা মখোই হাইদোকখিদনবা (মখোইগী লম্বেলদগী)। তৌইগুম্বসুং মখোইনা করিগুম্বা হাইদোকখ্রবদি, কনানসু ঙমলোই পায়শিনবা মখোইবু মহাক নত্তনা। থাজ্ঞৈশেংবমক, মহাক্তি খাংবিহৈবনি, য়োনজ-কোকপিহৈবনি।

وَاَقْسَمُوْا بِاللّٰهِ جَهْدَ اَيْمَانِهِمْ لَىِٕنْ جَاۗءَهُمْ نَذِيْرٌ

৪৩। অদুগা মখোইনা তৌখি অকনবা রাশকশিং অল্লাহগী, মদুদি চেকশন্নবা হায়বিবা মী অমা

لَيَكُونُنَّ اَهْدٰى مِنْ اِحْدَى الْاُمَمِۚ فَلَمَّا جَآءَهُمْ نَذِيْرٌ مَّا زَادَهُمْ اِلَّا نُفُوْرَاۙ﴿٤٢﴾

করিগুম্বা লাকলমলবদি মখোইদা, মখোইনা ইম্নমগনি লমজিং অতে জাতিশিংদগী হেন্না। তৌইগুম্বসুং চেকশন্নবা হায়বিবা মী অমা লাখিবদা মখোইদা, মদুনা হেনগৎহনখি মখোইবু পামদবা (অমসুং য়েংথীবা),

اِسْتِكْبَارًا فِى الْاَرْضِ وَمَكْرَ السَّيِّئِؕ وَلَا يَحِيْقُ الْمَكْرُ السَّيِّئُ اِلَّا بِاَهْلِهٖؕ فَهَلْ يَنْظُرُوْنَ اِلَّا سُنَّتَ الْاَوَّلِيْنَۚ فَلَنْ تَجِدَ لِسُنَّتِ اللّٰهِ تَبْدِيْلًا ۚ وَلَنْ تَجِدَ لِسُنَّتِ اللّٰهِ تَحْوِيْلًا﴿٤٣﴾

৪৪। পোংথোক চাউথোক্নুনা মালেমথক্তা অমসুং ফত্তবা খুজিন থৌরাং পুথোক্নুনা। তৌইগুম্বসুং ফত্তবা খুজিন থৌরাংনা খুদোং থীহল্লি মদু হৌদোকপা(মী)শিংতবু। মখোইনা ঙাইব্রা (অল্লাহগী) হৈনবা থৌদৌ মমাংঙৈদা (লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদা) তৌখিবা অদুতবু? তৌইগুম্বসুং নংনা ফংলোই অওনবা অমতা অল্লাহগী থৌদৌদা; নত্তগা ফংলোই নংনা পুমহোং-হোংবা অমতা অল্লাহগী থৌদৌদা।

اَوَلَمْ يَسِيْرُوْا فِى الْاَرْضِ فَيَنْظُرُوْا كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الَّذِيْنَ مِنْ قَبْلِهِمْ وَكَانُوْٓا اَشَدَّ مِنْهُمْ قُوَّةًؕ وَمَا كَانَ اللّٰهُ لِيُعْجِزَهٗ مِنْ شَىْءٍ فِى السَّمٰوٰتِ وَلَا فِى الْاَرْضِؕ اِنَّهٗ كَانَ عَلِيْمًا قَدِيْرًا﴿٤٤﴾

৪৫। মখোইবু পৃথিবী কোয়দব্রা অমসুং উদব্রা করি পোল্লোই ওইখি মখোইগী মমাংদা লৈরম্বা (চাওখৎলম্বা মীরোন)শিংগী? অদুগা মখোইনা মপাঙ্গল (অমসুং মথৌনা) হেনখি মখোই(সি)দগী। অল্লাহদু অসিগুম্বা (শক্তি লৈতবা) নত্তে স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদা লৈবা করিগুম্বা (জীব) অমতনা য়েংখাইবা ঙমগদবা (মহাক্কী থৌরাংশিং)। তশেংবমক মহাক্তি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, শক্তি পুম্নমক লৈবনি।

وَلَوْ يُؤَاخِذُ اللّٰهُ النَّاسَ بِمَا كَسَبُوْا مَا تَرَكَ عَلٰى ظَهْرِهَا مِنْ دَآبَّةٍ وَّلٰكِنْ يُّؤَخِّرُهُمْ اِلٰٓى اَجَلٍ مُّسَمًّىۚ فَاِذَا جَآءَ اَجَلُهُمْ فَاِنَّ اللّٰهَ كَانَ بِعِبَادِهٖ بَصِيْرًا﴿٤٥﴾

৪৬। অদুগা অল্লাহনা করিগুম্বা ৱায়েল চৈরাক থাবা তারমলবদি তাইবঙ মীওইবশিংবু মখোইনা কমায়বগী মতুংইন্না, মহাকনা থাদোকপিরম্মোই জীব অমতা (মালেমথক্তা), তৌইগুম্বসুং মহাকনা থিংথহনবি মখোইবু লেপখিবা মতম অমা (য়ৌরক্তরিবা) ফাওবা; মরমদুনা মখোইগী লেপখিবা মতম লাকলবদা, মতমদুদা তশেংবমক (মখোইনা খঙগনি মদুদি) অল্লাহদি মতম লৈবা খিবিক্তা য়েংদুনতা লৈ মহাক্কী মনাইশিংবু।

## سُوْرَةُ يٰسٓ مَكِّيَّةٌ (٣٦)

সূরহ ৩৬ য়াসীন

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৮৪ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা. থৌজালহৈবা, নুং শিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। হে মপুংফাবা লুচিংবা (য়া সৈয়েদুন) !

يٰسٓ ②

৩। কসমনি কুরআনগী, লৌশিংনা পিক থনবনি,

وَالْقُرْاٰنِ الْحَكِيْمِ ③

৪। নং তশেংবমক (অমনি) ধর্ম্ম পাওতাক-পশিংগী,

اِنَّكَ لَمِنَ الْمُرْسَلِيْنَ ④

৫। (নং খোঙফম্নরি) অচুম্বা লম্বী।

عَلٰى صِرَاطٍ مُّسْتَقِيْمٍ ⑤

৬। (মসি) ফোংদোকপিরকখিবনি পাঙ্গলবা. খ্বাইদগী হেন্না নুংশিহৈবনা,

تَنْزِيْلَ الْعَزِيْزِ الرَّحِيْمِ ⑥

৭। অদুনা নংনা চেকশন্নবগী হায়বিনবা মী কাঙলুপ অমবু মখোইগী মপা-মপুশিংবু পাওমেন-বিখিদরি, মরমদুনা মখোই লৈ থৌওই-রাওইদনা।

لِتُنْذِرَ قَوْمًا مَّآ اُنْذِرَ اٰبَآؤُهُمْ فَهُمْ غٰفِلُوْنَ ⑦

৮। তশেংবমক, (অল্লাহগী) রাহৈ (দণ্ডিপীবগী) অচুম্বা প্রমাণ ওইখি মখোই অয়াম্বগী মথক্তা, মরমদি মখোইনা অচুম্বা থাজদ্বে।

لَقَدْ حَقَّ الْقَوْلُ عَلٰٓى اَكْثَرِهِمْ فَهُمْ لَا يُؤْمِنُوْنَ ⑧

৯। ঐখোইনা চনবিখি মখোইগী মঙকশমশিংদা য়োৎহিং ফলাংশিং মখদাংশিং য়ৌনা (পুনশিন্দুনা), অদুনা মখোইগী মকোকশিং হাইগত্তুনা লৈখ্রে।

اِنَّا جَعَلْنَا فِيْٓ اَعْنَاقِهِمْ اَغْلٰلًا فَهِىَ اِلَى الْاَذْقَانِ فَهُمْ مُّقْمَحُوْنَ ⑨

১০। অদুগা ঐখোইনা থম্বিখ্রে পণ্থিং অমা মখোইগী মমাংদা অমসুং পণ্থিং অমা মখোইগী মতুংদা, অমসুং খনজিনবিখ্রে পর্দা অমা মখোইগী মথক্তা, অদুনা মখোই উবা ঙমদ্রে।

وَجَعَلْنَا مِنْۢ بَيْنِ اَيْدِيْهِمْ سَدًّا وَّمِنْ خَلْفِهِمْ سَدًّا فَاَغْشَيْنٰهُمْ فَهُمْ لَا يُبْصِرُوْنَ ⑩

১১। অমসুং (মখোই য়ৌনা লম্মুক্লখ্রে মদুদি) মখোই অদুগী অদুমঙাই নংনা চেকশন্নবা হায়বিরবসু মখোইবু নত্তগা হায়বিদ্রবসু মখোইবু ঃ মখোই অচুম্বা থাজররোই।

وَسَوَآءٌ عَلَيْهِمْ ءَاَنْذَرْتَهُمْ اَمْ لَمْ تُنْذِرْهُمْ لَا يُؤْمِنُوْنَ ⑪

إِنَّمَا تُنذِرُ مَنِ اتَّبَعَ الذِّكْرَ وَخَشِيَ الرَّحْمَٰنَ بِالْغَيْبِ ۖ فَبَشِّرْهُ بِمَغْفِرَةٍ وَأَجْرٍ كَرِيمٍ ﴿١٢﴾

১২। নংনা চেকশন্নবা হায়বিবা য়াগনি মহাক্তবু—মহাকনা তুং ইনজৈ নীংশিঙহল্লিবা পোৎকী অমসুং কিজৈ থৌজালহৈবা অল্লাহবু অরোনবদা। মরমদুনা থুংঙু মঙোন্দা হরাওবা পাওজেন কোকপিবগী অমসুং অচৌবা মনা-মথিন (ঐখোইদগী)।

إِنَّا نَحْنُ نُحْيِي الْمَوْتَىٰ وَنَكْتُبُ مَا قَدَّمُوا وَآثَارَهُمْ ۚ وَكُلَّ شَيْءٍ أَحْصَيْنَاهُ فِي إِمَامٍ مُبِينٍ ﴿١٣﴾

১৩। তশেংবমক, ঐখোইনা হিংগৎহনবি অশিববু, অমসুং ঐখোইনা ইশিল্লি (থবকশিং) মখোইনা থাজবদু মমাংদা অমসুং মখোইনা হুন্দোকলম্বদু মতুংদা; অমসুং পোৎ পুম্নমক ঐখোইনা ইশিন্দুনা থম্মি (করিমতা রাস্তনা, করিমতা হেন্দনা) তশেংবা কিতাব অমদা।

২ শুবা রুকূ

وَاضْرِبْ لَهُمْ مَثَلًا أَصْحَابَ الْقَرْيَةِ إِذْ جَاءَهَا الْمُرْسَلُونَ ﴿١٤﴾

১৪। অদুগা পুথোকউ মখোইদা পান্দম অমা শহরদা লৈবা মীশিংগী, রসুলশিং লাকখি মদুদা।

إِذْ أَرْسَلْنَا إِلَيْهِمُ اثْنَيْنِ فَكَذَّبُوهُمَا فَعَزَّزْنَا بِثَالِثٍ فَقَالُوا إِنَّا إِلَيْكُمْ مُرْسَلُونَ ﴿١٥﴾

১৫। ঐখোইনা থাবিখিবদা মখোইদা ধর্ম্ম পাওতাকপা মী অনি, মখোইনা য়াখিদে মখোই অনিমকপু; মরমদুনা ঐখোইনা কনখৎহনবিখি (মখোইবু) অহুমশুবা অমা হাপচনবিদুনা, মতমদুদা মখোইনা হায়খি: "তশেংবমক, ঐখোইবু থারকলিবনি নখোইদা ধর্ম্ম পাওতাকপশিং ওইনা।"

قَالُوا مَا أَنْتُمْ إِلَّا بَشَرٌ مِثْلُنَا وَمَا أَنْزَلَ الرَّحْمَٰنُ مِنْ شَيْءٍ إِنْ أَنْتُمْ إِلَّا تَكْذِبُونَ ﴿١٦﴾

১৬। মখোইনা পাওখুমখি: "নখোইসু মীশিংনি ঐখোইগুম্বা অমসুং থৌজালহৈবা অল্লাহনা করিসু থাবিরকখিদে (নখোইদা), নখোই মীনম্বা ঙাঙবনি।"

قَالُوا رَبُّنَا يَعْلَمُ إِنَّا إِلَيْكُمْ لَمُرْسَلُونَ ﴿١٧﴾

১৭। (পাওতাকপশিং) মখোইনা হায়খি: "ঐখোইগী মপুনা খঙই মদুদি ঐখোই, তশেংনমক, (অল্লাহগী) রসুলশিংনি নখোইদা;

وَمَا عَلَيْنَا إِلَّا الْبَلَاغُ الْمُبِينُ ﴿١٨﴾

১৮। "অমসুং ঐখোইগী ইথৌদি তশেংনা থুংহনবতনি পাওজেন।"

قَالُوا إِنَّا تَطَيَّرْنَا بِكُمْ ۖ لَئِنْ لَمْ تَنْتَهُوا لَنَرْجُمَنَّكُمْ

১৯। (অচুম্বা থাজদবশিংনা) হায়খি:

'তশেংবমক. ঐখোইনা মাংজৌননা খঙই ফত্তবা খুদম নখোইদগী; নখোইনা তোক্তবদি (ধর্ম্ম পাওজেন লাউথোকপা). ঐখোইনা শোয়দনমক নুংনা থাবিগনি নখোইবু. অমসুং অব্রাবগী মশক ওইবা চৈরাক অমা থোক্কনি নখোইদা ঐখোইগী ইখুৎশিংদা।''

وَلَيَمَسَّنَّكُم مِّنَّا عَذَابٌ أَلِيمٌ ﴿١٩﴾

২০। (পাওতাকপশিং) মখোইনা পাওখুমখি ঃ ''নখোইগী উচেকশিং (ফত্তবা থবকশিং) লোয়নরিবনি নখোই নশামক্তদা। করি! নখোইবু নীংশিঙবিরগা (অচুম্বা লম্বী লম্বীনবগী)! নত্তে, নখোই কা হেন্দোকলবা মীশিংনি।''

قَالُوا طَائِرُكُم مَّعَكُمْ أَئِن ذُكِّرْتُم بَلْ أَنتُمْ قَوْمٌ مُّسْرِفُونَ ﴿٢٠﴾

২১। অদুগা শহর অদুগী অরাপ্পা মফমদগী মী অমা (পরপ-পরপ) চেল্লকখি। মহাকনা হায়খি ঃ ''হো ঐগী কাঙলুপ! নখোই তুং ইল্লু (অল্লাহগী) ধর্ম্ম পাওতাকপশিংগী,

وَجَاءَ مِنْ أَقْصَا الْمَدِينَةِ رَجُلٌ يَسْعَىٰ قَالَ يَا قَوْمِ اتَّبِعُوا الْمُرْسَلِينَ ﴿٢١﴾

২২। তুং ইল্লু মখোইগী—মখোইনা হায়দে নখোইদা অব্রামল পীয়ু অমসুং মখোই অচুম্বা লমজিং খোঙফম্নব্রবনি।

اتَّبِعُوا مَن لَّا يَسْأَلُكُمْ أَجْرًا وَهُم مُّهْتَدُونَ ﴿٢٢﴾

সিপারহ ২৩ ঃ রমালিয়

২৩। অদুগা করি মরম লৈ ঐনা খুরুম খাজংলোইদবা মহাকপু—মহাকনা শেম শাবিখ্রগা ঐবু (করিসু ওইরমদবদগী) অমসুং মঙোন্দা নখোইবু হনজিনহনবিগনি ?

وَمَا لِيَ لَا أَعْبُدُ الَّذِي فَطَرَنِي وَإِلَيْهِ تُرْجَعُونَ ﴿٢٣﴾

২৪। ঐনা লৌসিরা মহাক নত্তবা (অতোপ্পা) লাইশিংবু খুদাশিং ওইনা ? থৌজালহৈবা অল্লাহনা নীংলকপদা অমাঙবা থোকহল্লগে হায়না ঐবু, মখোইগী তাইশিনবগী থবকনা কান্নবা করিসু পীরোই ঐঙোন্দা, নত্তগা ঙমলোই মখোইনা কনবিবা ঐবু।

أَأَتَّخِذُ مِن دُونِهِ آلِهَةً إِن يُرِدْنِ الرَّحْمَٰنُ بِضُرٍّ لَّا تُغْنِ عَنِّي شَفَاعَتُهُمْ شَيْئًا وَلَا يُنقِذُونِ ﴿٢٤﴾

২৫। মদু থোকপা তারবদি, ঐ শোয়দনমক ওইগনি তশেং-তশেংনা অরানবা

إِنِّي إِذًا لَّفِي ضَلَالٍ مُّبِينٍ ﴿٢٥﴾

২৬। তশেংবমক ঐনা থাজে নখোইগী মপুদা: মরমদুনা (নখোই) তাও ঐনা হায়বদা।

إِنِّي آمَنتُ بِرَبِّكُمْ فَاسْمَعُونِ ﴿٢٦﴾

২৭। অসি হায়বিখি (মঙোন্দা): "চঙলো স্বর্গ লৈকোন্দা।" মহাকনা পাওখুমখি: আঃ ঐগী মীশিংনা খঙলমলবদিকো!

قِيلَ ادْخُلِ الْجَنَّةَ ۖ قَالَ يَا لَيْتَ قَوْمِي يَعْلَمُونَ ﴿٢٦﴾

২৮। "কয়াদা (থৌজালহৈনা) ঐগী মপুনা কোকপিখ্রবা ঐবু অমসুং তিনহনবিখ্রবা ঐবু ঈকাই- খুম্নখ্রবশিংগী মরক্তা!"

بِمَا غَفَرَ لِي رَبِّي وَجَعَلَنِي مِنَ الْمُكْرَمِينَ ﴿٢٧﴾

২৯। অদুগা ঐখোইনা থাখিদে মহাক্কী মীশিংগী মথক্তা, মহাক্কী মতুংদা, তেঙ্গোল অমতা কোরৌ নোংমদোলদগী নত্তগা ঐখোইনা কদৌঁউদসু থাখিদে (মদুগুম্বা অমতা)।

وَمَا أَنزَلْنَا عَلَىٰ قَوْمِهِ مِن بَعْدِهِ مِن جُندٍ مِّنَ السَّمَاءِ وَمَا كُنَّا مُنزِلِينَ ﴿٢٨﴾

৩০। মদু করিসু নত্তে বজ্রমুক হৌবা মখোল অমতনি, মতমদুদা য়েংউ মখোই মুৎখ্রে।

إِن كَانَتْ إِلَّا صَيْحَةً وَاحِدَةً فَإِذَا هُمْ خَامِدُونَ ﴿٢٩﴾

৩১। ওথোকপনিদা (ঐগী) ইনাইশিংদু! মখোইদা লাকখিবা ধর্ম্ম পাওতাকপা অমতা মখোইনা নোক্কখিদবা লৈতে।

يَا حَسْرَةً عَلَى الْعِبَادِ ۚ مَا يَأْتِيهِم مِّن رَّسُولٍ إِلَّا كَانُوا بِهِ يَسْتَهْزِئُونَ ﴿٣٠﴾

৩২। মখোই উদত্রা মীরোন কয়া ঐখোইনা মাঙ-তাকহনবিখ্রবা মখোইগী মমাংদা, মখোই অমুক হল্লক্তরে মখোইদা?

أَلَمْ يَرَوْا كَمْ أَهْلَكْنَا قَبْلَهُم مِّنَ الْقُرُونِ أَنَّهُمْ إِلَيْهِمْ لَا يَرْجِعُونَ ﴿٣١﴾

৩৩। অদুগা মখোই পুম্নমক, পুল্লগ্না খোমজিন্দুনা, পুরক্কনি ঐখোইগী ইমাংদা।

وَإِن كُلٌّ لَّمَّا جَمِيعٌ لَّدَيْنَا مُحْضَرُونَ ﴿٣٢﴾

৩ শুবা রুকূ

৩৪। অদুগা খুদম অমা ওইবিরি মখোইদা শিরবা পৃথিবীনা: ঐখোইনা হিংগৎহল্লি মদু অমসুং হৌহল্লি মদুদগী মহে-মরোং (মখল কয়া), মদু (মী) মখোইনা চাই।

وَآيَةٌ لَّهُمُ الْأَرْضُ الْمَيْتَةُ أَحْيَيْنَاهَا وَأَخْرَجْنَا مِنْهَا حَبًّا فَمِنْهُ يَأْكُلُونَ ﴿٣٣﴾

৩৫। অদুগা ঐখোইনা থম্বিখি মদুগী মনুংদা বাগানশিং খজুরগী অমসুং অঙ্গুরগী, অমসুং ঐখোইনা থোকহল্লি ঈফুৎশিং মদুগী মনুংদা,

وَجَعَلْنَا فِيهَا جَنَّاتٍ مِّن نَّخِيلٍ وَأَعْنَابٍ وَفَجَّرْنَا فِيهَا مِنَ الْعُيُونِ ﴿٣٤﴾

৩৬। অদুনা মখোইনা চানবা মদুগী মহে, তৌইগুম্বসুং মদু মখোইগী মখুৎশিংনা হৌহনখিবা নত্তে। মখোই তৌবিমল খঙবা উৎলোইদ্রা?

لِيَأْكُلُوا مِن ثَمَرِهِ وَمَا عَمِلَتْهُ أَيْدِيهِمْ ۖ أَفَلَا يَشْكُرُونَ ﴿٣٥﴾

৩৭। অশেংবনি মহাক্তি—মহাকনা শেমখি পোৎ পুম্নমক জোরা ওইনা—লৈবাক্তগী হৌবগী অমসুং (মী) মখোইগীসু অমসুং মখোইনা খঙদবগীসু।

سُبْحٰنَ الَّذِیْ خَلَقَ الْاَزْوَاجَ كُلَّهَا مِمَّا تُنْۢبِتُ الْاَرْضُ وَمِنْ اَنْفُسِهِمْ وَمِمَّا لَا یَعْلَمُوْنَ ۝

৩৮। অদুগা (অতোপ্পা) খুদম অমনা মখোইদা (অমম্বা) অহিংনি, মদুদগী ঐখোইনা চিংথোকই (অঙানবা) নুংথিল, মতাং অদুদা (য়েংউ!) মখোই লৈখ্রে অমম্বদা।

وَاٰیَةٌ لَّهُمُ الَّیْلُ ۚۖ نَسْلَخُ مِنْهُ النَّهَارَ فَاِذَا هُمْ مُّظْلِمُوْنَ ۝

৩৯। অদুগা সূর্য্য নুমিৎনা চৎলি মাগী লেপখিবা লম্বেলদা। মদু হুকুমনি শক্তি পুম্নমক লৈবা, পোৎ পুম্নমক খঙবা (অল্লাহ)গী।

وَالشَّمْسُ تَجْرِیْ لِمُسْتَقَرٍّ لَّهَا ؕ ذٰلِكَ تَقْدِیْرُ الْعَزِیْزِ الْعَلِیْمِ ۝

৪০। অদুগা চন্দ্র থাগী ঐখোইনা লেপ্পিখি (তোঙান-তোঙানবা) ফিবমশিং, মানা (নোংম-নোংমগী হন্থরক্তুনা থাশু নুমিত্তা) ওইরক্তরিবা ফাওবা খজুরগী অরিবা কংশল্লবা উশাগুম।

وَالْقَمَرَ قَدَّرْنٰهُ مَنَازِلَ حَتّٰی عَادَ كَالْعُرْجُوْنِ الْقَدِیْمِ ۝

৪১। নুমিৎনা থত্তে থাবু (মাগী খোঙচত্তা) নত্তগা অহিংনা হেনগত্তে নুংথিলবু মখোই পুম্নমক চৎলি (মাগী মাগী) লম্বীদা।

لَا الشَّمْسُ یَنْۢبَغِیْ لَهَاۤ اَنْ تُدْرِكَ الْقَمَرَ وَلَا الَّیْلُ سَابِقُ النَّهَارِ ؕ وَكُلٌّ فِیْ فَلَكٍ یَّسْبَحُوْنَ ۝

৪২। অদুগা (অসিদগীসু হেন্না) মখোইদা খুদম অমনা অসিনিঃ ঐখোইনা পুই মখোইগী মচা-মশুশিংবু পোৎলুম হাপ্পা জাহাজদা (অচৌবা ঈশিং ঈপাক্তা),

وَاٰیَةٌ لَّهُمْ اَنَّا حَمَلْنَا ذُرِّیَّتَهُمْ فِی الْفُلْكِ الْمَشْحُوْنِ ۝

৪৩। অমসুং ঐখোইনা শেম্বিগনি মখোইগীদমক মদুগা মান্নবা (পোৎশিং) মদুগী মথক্তা মখোই তোংগনি।

وَخَلَقْنَا لَهُمْ مِّنْ مِّثْلِهٖ مَا یَرْكَبُوْنَ ۝

৪৪। অদুগা ঐখোইনা করিগুম্বা তৌনীংলবদি, ঐখোইনা ঈরাক্লহনবা য়াই মখোইবু: মতমদুদা মখোইনা ফংলোই কনামতা তেংবাংবিনবা (মখোইবু), নত্তগা কনবিরোই মখোইবু,

وَاِنْ نَّشَاْ نُغْرِقْهُمْ فَلَا صَرِیْخَ لَهُمْ وَلَا هُمْ یُنْقَذُوْنَ ۝

৪৫। ঐখোইদগী থৌজাল নত্তনা অমসুং (তাইবঙ পুনসিগী) নুংঙাইবা মতম অমগী।

اِلَّا رَحْمَةً مِّنَّا وَمَتَاعًا اِلٰی حِیْنٍ ۝

| | |
|---|---|
| ৪৬। অদুগা মখোইদা অসি হায়খিবদাঃ "চেকশিল্লু নমাংদা লৈরিবদু অমসুং নত্তুংদা লৈরিবদু, অদুনা নখোইনা ফংজনবা (অল্লাহগী) থৌজাল," (অদুদা মখোই মমায় ওথোকখি)। | وَإِذَا قِيلَ لَهُمُ اتَّقُوا مَا بَيْنَ أَيْدِيكُمْ وَمَا خَلْفَكُمْ لَعَلَّكُمْ تُرْحَمُونَ ۝ |
| ৪৭। অদুগা লাক্তুবা লৈতে মখোইদা পাওজেন অমত্তা মখোইগী মপুগী পাওজেনশিংগী মরক্তগী, তৌইগুম্বসুং মখোই (মতম-পুম্বদা) মমায় ওথোকই মদুদগী। | وَمَا تَأْتِيهِم مِّنْ آيَةٍ مِّنْ آيَاتِ رَبِّهِمْ إِلَّا كَانُوا عَنْهَا مُعْرِضِينَ ۝ |
| ৪৮। অদুগা মখোইদা অসি হায়খিবদাঃ "খরচ তৌ অল্লাহনা পীবা অদুদগী নখোইদা," লমফে-খোঙফম্নবশিংনা হায় অচুম্বা থাজবশিংদাঃ "ঐখোইনা পিজসিরা মহাকপু অল্লাহনা পিজবিগদবদা, মহাকনা নীংলবদি ? অদুম ওইনমক নখোই তশেংনা লম্মুক্তুখ্রে।" | وَإِذَا قِيلَ لَهُمْ أَنفِقُوا مِمَّا رَزَقَكُمُ اللَّهُ قَالَ الَّذِينَ كَفَرُوا لِلَّذِينَ آمَنُوا أَنُطْعِمُ مَن لَّوْ يَشَاءُ اللَّهُ أَطْعَمَهُ إِنْ أَنتُمْ إِلَّا فِي ضَلَالٍ مُّبِينٍ ۝ |
| ৪৯। অদুগা মখোইনা হায়ঃ "করম্বা মতমদা (রায়েল-চৈরাক পীবগী) রাশক অসি পুরা তৌগদৌরি (হায়বু ঐখোইদা) নখোইনা ওইরবসি অচুম্বা ঙাঙবা ?" | وَيَقُولُونَ مَتَىٰ هَٰذَا الْوَعْدُ إِن كُنتُمْ صَادِقِينَ ۝ |
| ৫০। মখোইনা ঙাইহরিএ বজ্রমুক হৌবা মখোল অমত। মদুনা ফাগনি মখোইবু মখোইনা চীন্দান্নরিঙৈদা। | مَا يَنظُرُونَ إِلَّا صَيْحَةً وَاحِدَةً تَأْخُذُهُمْ وَهُمْ يَخِصِّمُونَ ۝ |
| ৫১। অদুগা (মতমদুদা) মখোই উম্মরোই উইল তৌরম্বা (মখোইগী মাল-সাল), নত্তুগা মখোই উম্মরোই হনজিনবা মখোইগী ইমুংশিংদা (তারোয়বা বিদায় লৌবগী)। | فَلَا يَسْتَطِيعُونَ تَوْصِيَةً وَلَا إِلَىٰ أَهْلِهِمْ يَرْجِعُونَ ۝ |

৪ শুবা রুকূ

| | |
|---|---|
| ৫২। অদুগা পেরে-শিঙ্গা খোংলকপদা, (য়েংউ !) কবরশিংদগী মখোই (থোরক্তুনা) তফিং-তফিংনা চেনশনগনি মখোইগী মপুগী মায়কৈরোমদা। | وَنُفِخَ فِي الصُّورِ فَإِذَا هُم مِّنَ الْأَجْدَاثِ إِلَىٰ رَبِّهِمْ يَنسِلُونَ ۝ |
| ৫৩। মখোইনা হায়গনিঃ "আঃ ঐখোইদি মাঙলেদ্না ! কনানা হৌদোকলিবনো ঐখোইবু ঐখোইগী য়াহিপফমদগী ? মসি থৌজালহৈবা | قَالُوا يَا وَيْلَنَا مَن بَعَثَنَا مِن مَّرْقَدِنَا ۜ هَٰذَا مَا |

وَعَدَ الرَّحْمٰنُ وَصَدَقَ الْمُرْسَلُوْنَ ﴿٥٢﴾

অল্লাহনা রাশকপিখিবা অদুনি অমসুং (মহাক্কী) ধর্ম্ম পাওতাকশিংনা ঙাঙবিখি অচুম্বা।''

اِنْ كَانَتْ اِلَّا صَيْحَةً وَّاحِدَةً فَاِذَا هُمْ جَمِيْعٌ لَّدَيْنَا مُحْضَرُوْنَ ﴿٥٣﴾

৫৪। অমুক্তং খংলাউ-লাউথোকপিগনি, (য়েংউ!) মখোই পুম্নমক পুরকলগনি ঐখোইগী (ৱায়েল-ফম্বৈগী) মাংদা।

فَالْيَوْمَ لَا تُظْلَمُ نَفْسٌ شَيْـًٔا وَّلَا تُجْزَوْنَ اِلَّا مَا كُنْتُمْ تَعْمَلُوْنَ ﴿٥٤﴾

৫৫। মরমদুনা নুমিৎ অদুদা থরাই কনামতবু লান্না করিসু তৌবিরোই; নত্তগা নখোইবু লমল লৌবিরোই নখোইনা নশিঞ্জাং ওইনা তৌরম্বগী নত্তনা।

اِنَّ اَصْحٰبَ الْجَنَّةِ الْيَوْمَ فِيْ شُغُلٍ فٰكِهُوْنَ ﴿٥٥﴾

৫৬। তশেংবমক স্বর্গ লৈকোনগী মরূপশিংদো, নুমিৎ অদুদা, নুংঙাইবা শরুক্কগনি (মখোইগী) শীনফমদা।

هُمْ وَاَزْوَاجُهُمْ فِيْ ظِلٰلٍ عَلَى الْاَرَآئِكِ مُتَّكِـُٔوْنَ ﴿٥٦﴾

৫৭। মখোই অমসুং মখোইগী মতাম্লোইশিং লৈগনি (নুংঙাইখ্রবা) উরুমশিদা, গদ্দী মথক্তা ঙাথ-ঙাথদুনা ফমগনি।

لَهُمْ فِيْهَا فَاكِهَةٌ وَّلَهُمْ مَّا يَدَّعُوْنَ ﴿٥٧﴾

৫৮। মখোই ফংগনি উহৈশিং মদুগী মনুংদা অমসুং মখোই ফংগনি মখোইনা পীযু হায়বমখৈ।

سَلٰمٌ قَوْلًا مِّنْ رَّبٍّ رَّحِيْمٍ ﴿٥٨﴾

৫৯। (মখোইদা হায়বিগনি ঃ) ''সলাম''— রাহে অমা (তরাম্না ওকপগী) থৌজালবিহৈবা মপুগী মায়কৈদগী।

وَامْتَازُوا الْيَوْمَ اَيُّهَا الْمُجْرِمُوْنَ ﴿٥٩﴾

৬০। অদুগা অল্লাহনা হায়বিগনি (ধর্ম্ম লৈতবশিংদা; ''নখোই তোঙানখ্রো (ধর্ম্ম লৈবশিংদগী) ঙসি নুমিত্তা, হে পাপীশিং!

اَلَمْ اَعْهَدْ اِلَيْكُمْ يٰبَنِيْٓ اٰدَمَ اَنْ لَّا تَعْبُدُوا الشَّيْطٰنَ اِنَّهٗ لَكُمْ عَدُوٌّ مُّبِيْنٌ ﴿٦٠﴾

৬১। ''ঐনা য়াথংনখিদব্রা নখোইবু হে আদমগী মচাশিং! মদুদি নখোই পুজা তৌগনু শৈতানবু? তশেংবমক মহাক্তি নখোইগী অফোংবা য়েক্কবনি,

وَّاَنِ اعْبُدُوْنِيْ هٰذَا صِرَاطٌ مُّسْتَقِيْمٌ ﴿٦١﴾

৬২। ''অমসুং ভক্তি তৌ ঐহাক্তবু। মসি অচুম্বা লম্বীনি।

وَلَقَدْ اَضَلَّ مِنْكُمْ جِبِلًّا كَثِيْرًا اَفَلَمْ تَكُوْنُوْا تَعْقِلُوْنَ ﴿٦٢﴾

৬৩। ''অদুগা তশেংবমক মহাকনা লান্না লমজিংবিখ্রে মশিং য়াম্না নখোইগী মরক্তগী। করি মরমগী নখোই খঙদবগে?

هٰذِهٖ جَهَنَّمُ الَّتِىْ كُنْتُمْ تُوْعَدُوْنَ ﴿٦٣﴾

৬৪। "মসি যম লৈবাকনি নখোইদা (হান্না) রাশকপিখ্রবনি।

اِصْلَوْهَا الْيَوْمَ بِمَا كُنْتُمْ تَكْفُرُوْنَ ﴿٦٤﴾

৬৫। "চঙঙু মসিদা ঙসি নুমিত্তা, মরমদি নখোই (অচুম্বা) থাজরমদে।"

اَلْيَوْمَ نَخْتِمُ عَلٰٓى اَفْوَاهِهِمْ وَتُكَلِّمُنَآ اَيْدِيْهِمْ وَتَشْهَدُ اَرْجُلُهُمْ بِمَا كَانُوْا يَكْسِبُوْنَ ﴿٦٥﴾

৬৬। ঙসি নুমিত্তা ঐখোইনা মোহর নম্বিগনি মখোইগী মচীনশিংদা, অমসুং মখোইগী মখুৎশিংনা রা ঙাঙগনি ঐখোইদা, অমসুং মখোইগী মখোঙশিংনা সাক্ষী ওইগনি মখোইনা কমায়খিবা (থবকশিং)গী।

وَلَوْ نَشَآءُ لَطَمَسْنَا عَلٰٓى اَعْيُنِهِمْ فَاسْتَبَقُوا الصِّرَاطَ فَاَنّٰى يُبْصِرُوْنَ ﴿٦٦﴾

৬৭। অদুগা ঐখোইনা করিগুম্বা নীংলমলবদি, ঐখোইনা কোৎথোকপিরমগনি মখোইগী চেংলৌ মমিৎশিং, মতমদুদা মখোই খঙচেন-চেন্সল্লমগনি ফংনবগী লম্বী, তৌইগুম্বসুং করম্না মখোই উরমগনি (লম্বী)?

وَلَوْ نَشَآءُ لَمَسَخْنٰهُمْ عَلٰى مَكَانَتِهِمْ فَمَا اسْتَطَاعُوْا مُضِيًّا وَّلَا يَرْجِعُوْنَ ﴿٦٧﴾

৬৮। অদুগা ঐখোইনা করিগুম্বা নীংলমলবদি ঐখোইনা ওন্থোকপিরমগনি মখোইগী মওং (চপ তিংনা লৈহন্নবা মখোইবু) মখোইগী মফমশিংদা, মতমদুদা মখোই ঙমলম্মোই চংখৎপা মাংরোমদা নত্তগা তুং হন্দোকপা।

৫ শুবা রুকূ

وَمَنْ نُّعَمِّرْهُ نُنَكِّسْهُ فِى الْخَلْقِ اَفَلَا يَعْقِلُوْنَ ﴿٦٨﴾

৬৯। কনাগুম্বা অমবু ঐখোইনা চহি য়াম্না পুন্সিহল্লগা হঞ্জনহল্লি মহাকপু (অশোনবা ফিবমদা) খুৎশেমগী। মরমদুনা মখোই খঙলরোইদ্রা?

وَمَا عَلَّمْنٰهُ الشِّعْرَ وَمَا يَنْۢبَغِىْ لَهٗ ۚ اِنْ هُوَ اِلَّا ذِكْرٌ وَّقُرْاٰنٌ مُّبِيْنٌ ﴿٦٩﴾

৭০। অদুগা ঐখোইনা তম্বিখিদে মহাকপু শৈরেং, নত্তগা মতিকচাদে মহাকপু (ওইহনবসু অশৈনা অমা)। মসি করিসু নত্তে নীংশিঙহল্লিবা পোৎনি অমসুং তশেং-তশেংবা কুরআন্নি.

لِّيُنْذِرَ مَنْ كَانَ حَيًّا وَّيَحِقَّ الْقَوْلُ عَلَى الْكٰفِرِيْنَ ﴿٧٠﴾

৭১। অদুনা মসিনা চেকশনহন্নবা অহিংবা পুন্নমকবু, অমসুং (রায়েল-চৈরাক পীবগী) য়াথংদু চুম্মি হায়না প্রমাণ তৌনবা লমফৈ-খোঙফম্নব-শিংগী মথক্তা।

৭২। মখোই উদব্রা, ঐখোইগী ইখুৎশিংনা শেমদোকখিবা পোৎশিংগী মরক্তা, ঐখোইনা শেম-শাবিখি মখোইগীদমক্তা য়ুমশাশিং মদুগী মখোইনা ওই মপু ?

أَوَلَمْ يَرَوْا أَنَّا خَلَقْنَا لَهُم مِّمَّا عَمِلَتْ أَيْدِينَا أَنْعَامًا فَهُمْ لَهَا مَالِكُونَ ﴿٧١﴾

৭৩। অদুগা ঐখোইনা মখা পোনহল্লি (শাশিং) অদু মখোইগী, অদুনা মখোইনা শীজিন্নে খরবু তোংনবগী অমসুং (অতোপ্পা) খরবু মখোইনা চাই।

وَذَلَّلْنَاهَا لَهُمْ فَمِنْهَا رَكُوبُهُمْ وَمِنْهَا يَأْكُلُونَ ﴿٧٢﴾

৭৪। অদুগা (শাশিং) মখোইদা মখোইগী (অতোপ্পা) কান্নবসু লৈ অমসুং (ফংই) থক্লবসু। মরমদুনা মখোই উৎলোইদ্রা তৌবিমল খঙবা (মখোইগী মপুদা) ?

وَلَهُمْ فِيهَا مَنَافِعُ وَمَشَارِبُ ۖ أَفَلَا يَشْكُرُونَ ﴿٧٣﴾

৭৫। অদুগা মখোইনা লৌখ্রে অল্লাহ নত্তবা অতে খোয়ম লাইশিংবু (আশা তৌদুনা) মখোইবু তেংবাংবিবা য়াই (মখোইদুনা)।

وَاتَّخَذُوا مِن دُونِ اللَّهِ آلِهَةً لَّعَلَّهُمْ يُنصَرُونَ ﴿٧٤﴾

৭৬। (লাইশিং) মখোইনা ঙমলোই তেংবাংবা মখোইবু, তৌইগুম্বসুং (লাইশিং) মখোইবু হাজির তৌহনবিগনি (অল্লাহগী মমাংদা) মপৈ ওইনা।

لَا يَسْتَطِيعُونَ نَصْرَهُمْ وَهُمْ لَهُمْ جُندٌ مُّحْضَرُونَ ﴿٧٥﴾

৭৭। মরমদুনা মখোইগী ঙাঙ-শকপনা থরাই রাহন্দবা ওইসনু নংগী। তশেংবমক ঐখোইনা খঙই মখোইনা লোৎশিনবসু অমসুং মখোইনা ফোংদোকপসু।

فَلَا يَحْزُنكَ قَوْلُهُمْ ۘ إِنَّا نَعْلَمُ مَا يُسِرُّونَ وَمَا يُعْلِنُونَ ﴿٧٦﴾

৭৮। তাইবঙ মীনা উদব্রা ঐখোইনা শেমখি মহাকপু (ইচম-চম্বা) বীর্য্যদগী। অদুম ওইনমক (য়েংউ !) মহাক ওইরে অফোংবা রায়েৎপা অমা !

أَوَلَمْ يَرَ الْإِنسَانُ أَنَّا خَلَقْنَاهُ مِن نُّطْفَةٍ فَإِذَا هُوَ خَصِيمٌ مُّبِينٌ ﴿٧٧﴾

৭৯। অদুগা মহাকনা পুথোকই চাংদম্নবা অমা ঐখোইগী মরমদা অমসুং কাওথোকই মহাক মশাগী (হৌরকফম অমসুং) খুৎশেম। মহাকনা হায় ঃ "কনানা ঙমগনি হিংগৎহনবা শরাশিংদু—মখোইনা পত্থ-পুমথথ্রবদা ?"

وَضَرَبَ لَنَا مَثَلًا وَنَسِيَ خَلْقَهُ ۖ قَالَ مَن يُحْيِي الْعِظَامَ وَهِيَ رَمِيمٌ ﴿٧٨﴾

৮০। হায়য়ু ঃ "অহানবা মখোইবু শেম-শাবিখিবা মহাকনা হিংগৎহনবিগনি মখোইবু; অমসুং

قُلْ يُحْيِيهَا الَّذِي أَنشَأَهَا أَوَّلَ مَرَّةٍ ۖ وَهُوَ بِكُلِّ

خَلّٰقٍ عَلِيْمُۨ ﴿٨٠﴾

মহাক্তি য়াম্না খঙবনি খুৎশেম (মখল) পুম্নমক,

الَّذِيْ جَعَلَ لَكُمْ مِّنَ الشَّجَرِ الْاَخْضَرِ نَارًا فَاِذَآ اَنْتُمْ مِّنْهُ تُوْقِدُوْنَ ﴿٨١﴾

৮১। "মহাকনা পুথোকপিখি নাখোইগীদমক খাম্বি মৈ অশংবা উ পাম্বীদগী, মরমদুনা (য়েংউ!) নাখোইনা (শীজন্নৈ) মদু (শিংবী মৈহুম ওইনা) মৈ থাবদা।

اَوَلَيْسَ الَّذِيْ خَلَقَ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضَ بِقٰدِرٍ عَلٰٓى اَنْ يَّخْلُقَ مِثْلَهُمْ ۚ بَلٰى ۚ وَهُوَ الْخَلّٰقُ الْعَلِيْمُ ﴿٨٢﴾

৮২। স্বর্গ অমসুং পৃথিবী শেম-শাখিবা মহাকনা ঙম্মোইদ্রা শেম-শাবা মখোইগা মান্নবা? করিগী ঙম্মোই! মহাক্তি খ্বাইদগী হেনবা লৈশেম-নুংশেম্বনি, পুংখঙ-খঙবনি।

اِنَّمَآ اَمْرُهٗٓ اِذَآ اَرَادَ شَيْـًٔا اَنْ يَّقُوْلَ لَهٗ كُنْ فَيَكُوْنُ ﴿٨٣﴾

৮৩। মহাক্কী ময়াথং, মহাকনা করিগুম্বা অমা নীংলকপদা, মহাকনা অসিতা হায়ঃ "ওইয়ু!" অমসুং মদু হেক্তমক ওই।

فَسُبْحٰنَ الَّذِيْ بِيَدِهٖ مَلَكُوْتُ كُلِّ شَيْءٍ وَّاِلَيْهِ تُرْجَعُوْنَ ﴿٨٤﴾

৮৪। মরমদুনা থাশেংবনি মহাক্তি, মহাক্কী মখুত্তা লৈ শাসন পোৎ পুম্নমক্কী অমসুং মঙোন্দা হনজিনগনি নাখোই (পুম্নমক)।

# سُوْرَةُ الصّٰفّٰتِ مَكِّيَّةٌ (٣٧)

সূরহ ৩৭ অল-সাফফাত

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ১৮৩ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ١

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالصّٰٓفّٰتِ صَفًّا ٢

২। কসমনি পরেং নাইনা লেপ্পশিংগী,

فَالزّٰجِرٰتِ زَجْرًا ٣

৩। অমসুং থৌনা ফনা তাংথোকপশিংগী (পুকনিংগী) য়েক্লববু,

فَالتّٰلِيٰتِ ذِكْرًا ٤

৪। অমসুং নীংশিংঙহল্লিবা পোৎ (অল-কুরআন)বু থীবশিংগী,

اِنَّ اِلٰهَكُمْ لَوَاحِدٌ ٥

৫। তশেংবমক নখোইগী খুদা অমতনি ঃ

رَبُّ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ وَمَا بَيْنَهُمَا وَرَبُّ الْمَشَارِقِ ٦

৬। (মহাক্তি) মপুনি স্বর্গগী অমসুং পৃথিবীগী অমসুং অনিগী মরক্তা লৈবশিংগীসু অমসুং মপুনি নুমিৎ থোকফম মফমশিংগীসু।

اِنَّا زَيَّنَّا السَّمَآءَ الدُّنْيَا بِزِيْنَةِ ۨالْكَوَاكِبِ ٧

৭। থাঙ্গশেংবমক ঐখোইনা লৈতেংবিশ্রে মখা ইথং-থংবা অতিয়াবু তনীক-তনীক লাউনা ফজত্রবা থরানমিচাকশিংনা,

وَحِفْظًا مِّنْ كُلِّ شَيْطٰنٍ مَّارِدٍ ٨

৮। অমসুং ঙাক্তুনা থম্বিখ্রে মসিবু লমকেৎ লমহাইবা শৈতানশিংদগী:

لَا يَسَّمَّعُوْنَ اِلَى الْمَلَاِ الْاَعْلٰى وَيُقْذَفُوْنَ مِنْ كُلِّ جَانِبٍ ٩

৯। মখোইনা ঙমদে করিসু তাবা (স্বর্গ দুতশিংগী) অচৌবা সভাদগী, করিনা হায়ববু মখোইবু থাজিল্লি (মৈবুন্না) মায়কৈ খুদিংদগী,

دُحُوْرًا وَّلَهُمْ عَذَابٌ وَّاصِبٌ ١٠

১০। তাংথোকপি অমসুং মখোই ফংগনি লোম্বা নাইদবা রায়েল-চৈরাক,

اِلَّا مَنْ خَطِفَ الْخَطْفَةَ فَاَتْبَعَهٗ شِهَابٌ ثَاقِبٌ ١١

১১। নত্তনা কনাগুম্বনা লোন্না তাগদবগী হোৎনবদু (স্বর্গ দুতশিংগী সভাদগী, খুদক্তা) লংত্রিক-লংবা মৈরিনা তান্নে মহাকপু।

فَاسْتَفْتِهِمْ اَهُمْ اَشَدُّ خَلْقًا اَمْ مَّنْ خَلَقْنَا ۗ اِنَّا

১২। মরমদুনা হংঙু মখোইদা ঃ মখোইবুরা লুনা থোকলিবা শেম্বদা নত্তগা (অতোপ্পা) ঐখোইনা

শেমখিবা মখোইদুরা? তশেংবমক ঐখোইনা শেমখি মখোইবু অনপ্পা লৈখোমদগী।

خَلَقْنٰهُمْ مِّنْ طِيْنٍ لَّازِبٍ ⑪

১৩। নত্তে, নং (নশামক) ঙকচানরি অমসুং মখোইনা করেম্নরি (অল্লাহগী শক্তিবু),

بَلْ عَجِبْتَ وَيَسْخَرُوْنَ ⑫

১৪। অদুগা (রারম খঙলম-খঙফাত্তবশিং) মখোইদা নীংশিঙবা মতমদা, মখোইনা করিস্ নাচুংদে,

وَاِذَا ذُكِّرُوْا لَا يَذْكُرُوْنَ ⑬

১৫। অমসুং মখোইনা উবা মতমদা খুদম অমা, মখোইনা নোকনৈ মদু,

وَاِذَا رَاَوْا اٰيَةً يَّسْتَسْخِرُوْنَ ⑭

১৬। অমসুং মখোইনা হায়ঃ "মসি করিস্ নত্তে তশেং-তশেংবা ইন্দ্রজালনি।

وَقَالُوْٓا اِنْ هٰذَآ اِلَّا سِحْرٌ مُّبِيْنٌ ⑮

১৭। "করি! ঐখোইনা শিখ্রবদা অমসুং লৈবাক ওনখ্রবদা অমসুং শরু (লুকং)তা ওইখ্রবদা, মতমদুদা ঐখোইবু অমুক হিংগৎহনবিগদৌরিব্রা?

ءَاِذَا مِتْنَا وَكُنَّا تُرَابًا وَّعِظَامًا ءَاِنَّا لَمَبْعُوْثُوْنَ ⑯

১৮। "অমসুং ঐখোইগী ইপা-ইপুশিং থাইনগীস্?"

اَوَاٰبَاۤؤُنَا الْاَوَّلُوْنَ ⑰

১৯। হায়য়ু ঃ "হোই, অওইবনি অমসুং নখোইবু তোংথহনবিগনি (তাইবঙ পুন্সি-খোঙকনদস্)।"

قُلْ نَعَمْ وَاَنْتُمْ دَاخِرُوْنَ ⑱

২০। মরমদুনা অমুক্তং লাউথোকপিগনি, অদু তৌবা মতমদা মখোই য়েংবা হৌগনি (অকোয়বদা)।

فَاِنَّمَا هِيَ زَجْرَةٌ وَّاحِدَةٌ فَاِذَا هُمْ يَنْظُرُوْنَ ⑲

২১। অদুগা মখোইনা হায়গনি ঃ "আঃ ঐখোইদি মাঙলেদনা! ঙসিদি রায়েল বিচারগী নুমিৎনি।

وَقَالُوْا يٰوَيْلَنَا هٰذَا يَوْمُ الدِّيْنِ ⑳

২২। (অসি হায়বিগনি মখোইদা ঃ) (হোই) ঙসিদি (অরোয়বা) রা লেপ্পগী নুমিৎনি মদু নখোইনা য়াখিদে।

هٰذَا يَوْمُ الْفَصْلِ الَّذِيْ كُنْتُمْ بِهٖ تُكَذِّبُوْنَ ㉑

২ শুবা রুকূ

২৩। (স্বর্গ দূতশিংদা হায়বিগনি ঃ) "খোমজিন্নু অরানবা লম্বীনখিবশিংদো লোয়ননা মখোইনা তিন্নখিবশিং অমসুং মখোইনা ঈরাৎ-পূজা তৌখিবশিং—

اُحْشُرُوا الَّذِيْنَ ظَلَمُوْا وَاَزْوَاجَهُمْ وَمَا كَانُوْا يَعْبُدُوْنَ ㉒

২৪। "অল্লাহ নত্তনা; অমসুং পুখো মখোইবু নরক তাবা লম্বীদা।

مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ فَاهْدُوْهُمْ اِلٰى صِرَاطِ الْجَحِيْمِ ﴿٢٣﴾

২৫। "অদুগা লেপহল্লু মখোইবু (অল্লাহগী রায়েল ফম্বৈ মমাংদা), মরমদি মখোইবু ৱা হংবিগনি ঃ

وَقِفُوْهُمْ اِنَّهُمْ مَّسْـُٔوْلُوْنَ ﴿٢٤﴾

২৬। "করি তৌরবগে নখোইনা তেংবাংনদরিবা অমনা অমবু (ওসি নুমিত্তা)?"

مَا لَكُمْ لَا تَنَاصَرُوْنَ ﴿٢٥﴾

২৭। নত্তে, নুমিৎ অদুদা মখোই কখোকচগনি (অল্লাহদা)।

بَلْ هُمُ الْيَوْمَ مُسْتَسْلِمُوْنَ ﴿٢٦﴾

২৮। অদুগা মখোই মশেল মহৈ-মহৈ ওনশিন্নদুনা ৱা হংনগনি।

وَاَقْبَلَ بَعْضُهُمْ عَلٰى بَعْضٍ يَّتَسَآءَلُوْنَ ﴿٢٧﴾

২৯। (লম্মুকক্লুবশিং) মখোইনা হায়গনি (লম্মুকহনবিখিবা মহাশয়শিংদা) ঃ "তশেংবমক নখোই ইতৎ-তত্তনা লাকখি ঐখোইদা. ৱাশক্তুনা মদুদি নখোই অচুম্বনি।"

قَالُوْٓا اِنَّكُمْ كُنْتُمْ تَاْتُوْنَنَا عَنِ الْيَمِيْنِ ﴿٢٨﴾

৩০। (মহাশয়শিং) মখোইনা পাওখুমগনি ঃ "নত্তে, নখোই নশামক ওইখি অচুম্বা থাজদবশিং ;

قَالُوْا بَلْ لَّمْ تَكُوْنُوْا مُؤْمِنِيْنَ ﴿٢٩﴾

৩১। "অমসুং ঐখোইগী শক্তি করিসু লৈখিদে নখোইগী নথক্তা ঃ তৌইগুম্বসুং নখোই নশামক ওইখি লমকেৎ-লমহাইবা মীশিং।

وَمَا كَانَ لَنَا عَلَيْكُمْ مِّنْ سُلْطٰنٍ ۚ بَلْ كُنْتُمْ قَوْمًا طٰغِيْنَ ﴿٣٠﴾

৩২। "মরমদুনা ঐখোইগী মপুগী য়াথং অচুম্বা ওইখ্রে ঐখোইগী ইথক্তা ; হৌজিক ঐখোই শোয়দনমক মহাউ তংলগনি (অল্লাহগী রায়েল-চৈরাক)।

فَحَقَّ عَلَيْنَا قَوْلُ رَبِّنَآ ۖ اِنَّا لَذَآئِقُوْنَ ﴿٣١﴾

৩৩। "ঐখোইনা লম্মুকহনবিখি নখোইবু. মরমদি ঐখোই ইশামকসু লম্মুকক্লুবশিংনি।"

فَاَغْوَيْنٰكُمْ اِنَّا كُنَّا غٰوِيْنَ ﴿٣٢﴾

৩৪। তশেংবমক, নুমিৎ অদুদা মখোই (পুম্নমক) ওইগনি শরুক য়ামিন্নবশিং রায়েল-চৈরাকদা (করিননো হায়ববু মান্ন-মান্নবা তিন্নজবা তাবনি)।

فَاِنَّهُمْ يَوْمَئِذٍ فِى الْعَذَابِ مُشْتَرِكُوْنَ ﴿٣٣﴾

৩৫। অসুম্না ঐখোইনা তৌবি মরাল লৈরবশিংবু।

اِنَّا كَذٰلِكَ نَفْعَلُ بِالْمُجْرِمِيْنَ ﴿٣٤﴾

৩৬। ময়মদি মখোইদা হায়খিবদা ঃ "লৈতে চীঙু লাই কনামতা অল্লাহ নত্তনা." মখোই পোংথোক চাউথোকখি,

إِنَّهُمْ كَانُوٓا۟ إِذَا قِيلَ لَهُمْ لَآ إِلَٰهَ إِلَّا ٱللَّهُ يَسْتَكْبِرُونَ ﴿٣٥﴾

৩৭। অমসুং হায়খি ঃ "ঐখোইনা হেক্তমক থাদোক্কদ্রা ঐখোইগী খোয়ম লাইশিং অঙাওবা লাইচুবা কবি অমগীদমক ?"

وَيَقُولُونَ أَئِنَّا لَتَارِكُوٓا۟ ءَالِهَتِنَا لِشَاعِرٍ مَّجْنُونٍۭ ﴿٣٦﴾

৩৮। নত্তে (নখোইনা হায়রিবাপুম্বা). মহাক লাকখ্রে পুরদুনা অচুম্বা অমসুং মহাকনা সাক্ষী পীরমখ্রে অচুম্বদা (মহাক্কী মমাংদা লাকখিবা) ধর্ম্ম পাওতাকপশিংগী।

بَلْ جَآءَ بِٱلْحَقِّ وَصَدَّقَ ٱلْمُرْسَلِينَ ﴿٣٧﴾

৩৯। নখোই শোয়দনমক মহাউ তংগনি অরাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাক ;

إِنَّكُمْ لَذَآئِقُوا۟ ٱلْعَذَابِ ٱلْأَلِيمِ ﴿٣٨﴾

৪০। অমসুং নখোইবু মহে পীবিগনি নখোইনা নশিঞ্জাং ওইনা তৌরম্বা অদুতগী—

وَمَا تُجْزَوْنَ إِلَّا مَا كُنتُمْ تَعْمَلُونَ ﴿٣٩﴾

৪১। নত্তনা অখন্নবা মনাইশিং অল্লাহগী।

إِلَّا عِبَادَ ٱللَّهِ ٱلْمُخْلَصِينَ ﴿٤٠﴾

৪২। মখোইদি ফংগনি খঙনখ্রবা চিঞ্জাক ঃ

أُو۟لَٰٓئِكَ لَهُمْ رِزْقٌ مَّعْلُومٌ ﴿٤١﴾

৪৩। (য়াম্না হাওরবা) উহৈশিং ; অমসুং মখোইবু ঈকাইখুম্নবিগনি,

فَوَٰكِهُ ۖ وَهُم مُّكْرَمُونَ ﴿٤٢﴾

৪৪। (ফমফম পীবিদুনা) থোইদোক্লা নুংঙাইখ্রবা হৈকোন-লৈকোনশিংদা.

فِى جَنَّٰتِ ٱلنَّعِيمِ ﴿٤٣﴾

৪৫। গদ্দী মথক্তা (ঙাথদুনা), অমগা অমগা মায় ওনশন্নদুনা।

عَلَىٰ سُرُرٍ مُّتَقَٰبِلِينَ ﴿٤٤﴾

৪৬। মখোইদা কোয়লাম-লানবিগনি তেঙ্গোৎ অমমম (লিকলাই মহীনরবা) অচেনবা ঈফুৎকী ঈশিংদগী.

يُطَافُ عَلَيْهِم بِكَأْسٍ مِّن مَّعِينٍۭ ﴿٤٥﴾

৪৭। (মদুগী মচু) ঙৌশ্রোক ঙৌই, য়াম্না হাওবা থুম্বনি অথকপশিংদা ;

بَيْضَآءَ لَذَّةٍ لِّلشَّٰرِبِينَ ﴿٤٦﴾

৪৮। মদুনা ময়ায় কাহল্লোই নত্তগা চোকথহল্লোই মখোইবু।

لَا فِيهَا غَوْلٌ وَلَا هُمْ عَنْهَا يُنزَفُونَ ﴿٤٧﴾

| | |
|---|---|
| ৪৯। অদুগা মখোইগী মনাক্তা লৈগনি (থৌগালনুবীশিং) মিৎয়েং চোয়দা য়েংদবী (থম্মোই খুদিং হুনঙাই ওইবী) মমিৎশিং তরাও-তরাওনা ফজবী, | وَعِندَهُمْ قَٰصِرَٰتُ ٱلطَّرْفِ عِينٌ ﴿٤٨﴾ |
| ৫০। মখোইদু (মতুনা) কুপশন্দুনা থম্বা য়েরুমশিং গুম্বনি। | كَأَنَّهُنَّ بَيْضٌ مَّكْنُونٌ ﴿٤٩﴾ |
| ৫১। মতমদুদা মখোই মশেল মহৈ-মহৈ ওনশন্নদুনা রা হংনগনি। | فَأَقْبَلَ بَعْضُهُمْ عَلَىٰ بَعْضٍ يَتَسَآءَلُونَ ﴿٥٠﴾ |
| ৫২। মখোইগী মরক্তগী রা ঙাঙবা মী অমনা হায়গনি ঃ "তশেংবমক ঐগী লৈরম্মী মরূপ অমা, | قَالَ قَآئِلٌ مِّنْهُمْ إِنِّى كَانَ لِى قَرِينٌ ﴿٥١﴾ |
| ৫৩। "মহাকনা হায়খি (ঐঙোন্দা) ঃ নংবু তশেংনা য়াওরব্রা (শিবদগী অমুক হিংগৎহনবসি) চুমই হায়বশিংগী মরক্তা ? | يَقُولُ أَءِنَّكَ لَمِنَ ٱلْمُصَدِّقِينَ ﴿٥٢﴾ |
| ৫৪। "ঐখোইনা শিখ্রবদা অমসুং লৈবাক ওনখ্রবদা অমসুং শরু (লুকং) তা ঙাইখ্রবদা, ঐখোইবু লমন্না শিংবিখিগদ্রা ?" | أَءِذَا مِتْنَا وَكُنَّا تُرَابًا وَعِظَٰمًا أَءِنَّا لَمَدِينُونَ ﴿٥٣﴾ |
| ৫৫। (রা ঙাওলিবা মী অদুনা) হায়গনি (মহাক্কী লোয়নবদা) ঃ "(ফরে) নখোই মুনা য়েংগেরা (মহাকপু) ?" | قَالَ هَلْ أَنتُم مُّطَّلِعُونَ ﴿٥٤﴾ |
| ৫৬। অদুনা মহাকনা মুনা য়েংগনি অমসুং উগনি (মীরু) মহাকপু ভুং-ভ্রুং চাকপা থাম্বি মৈকোমদা। | فَٱطَّلَعَ فَرَءَاهُ فِى سَوَآءِ ٱلْجَحِيمِ ﴿٥٥﴾ |
| ৫৭। মহাকনা হায়গনি (মঙোন্দা) ঃ "অল্লাহগী কসম! নংনা মাঙহনবিগদৌরম্মী ঐবু, | قَالَ تَٱللَّهِ إِن كِدتَّ لَتُرْدِينِ ﴿٥٦﴾ |
| ৫৮। "অমসুং ঐগী মপুগী থৌজাল নৎলমদ্রবদি, ঐসু শোয়দনমক তিল্লমগনি (রায়েল-চৈরাক্তা) লাংথুনহনবিখিবশিংগী মরক্তা। | وَلَوْلَا نِعْمَةُ رَبِّى لَكُنتُ مِنَ ٱلْمُحْضَرِينَ ﴿٥٧﴾ |
| ৫৯। "ঐখোই শিররোইদবা নত্তব্রা | أَفَمَا نَحْنُ بِمَيِّتِينَ ﴿٥٨﴾ |
| ৬০। "নত্তুনা ঐখোই হান্না শিখিবদু ? অমসুং ঐখোইবু থাররোইদবনি চৈরাকসু ; | إِلَّا مَوْتَتَنَا ٱلْأُولَىٰ وَمَا نَحْنُ بِمُعَذَّبِينَ ﴿٥٩﴾ |

৬১। "(ঐখোইবু স্বর্গ লৈকোনশিংদা লৈফম পীনবিবা) অসি থাঙ্গৈশেংবমক অচৌবা জয়নি।"

إِنَّ هَٰذَا لَهُوَ الْفَوْزُ الْعَظِيمُ ﴿٦٠﴾

৬২। অসিগুম্বা (নুংঙাইহবগী খুবম ফংনব)গী দমক থবক-তৌবা মীশিংনা থবক তৌজসনু (অমনা অমগী মথক থোংবা তান্নদুনা)।

لِمِثْلِ هَٰذَا فَلْيَعْمَلِ الْعَامِلُونَ ﴿٦١﴾

৬৩। অতিথি-সৎকার অসিনা হেন্না ফব্রা নত্তগা জক্কুম উপাম্বীনা (হেন্না ফব্রা)?

أَذَٰلِكَ خَيْرٌ نُّزُلًا أَمْ شَجَرَةُ الزَّقُّومِ ﴿٦٢﴾

৬৪। তশেংবমক, ঐখোইনা ওইহনবিখি মদু চাং য়েংনবগী মরম অমা অরানবা লম্বীনবশিংগী।

إِنَّا جَعَلْنَاهَا فِتْنَةً لِّلظَّالِمِينَ ﴿٦٣﴾

৬৫। মসি উপাম্বী অমনি নরক মখাদা হৌবা,

إِنَّهَا شَجَرَةٌ تَخْرُجُ فِي أَصْلِ الْجَحِيمِ ﴿٦٤﴾

৬৬। মদুগী মহৈ মাল্লি মকোকশিং মশক থীবা লিনগী।

طَلْعُهَا كَأَنَّهُ رُءُوسُ الشَّيَاطِينِ ﴿٦٥﴾

৬৭। অদুনা (নরক তাবশিং) মখোইনা চাগনি মদু অমসুং মদুনা (মখোইগী) মপুকশিং থন্নগনি।

فَإِنَّهُمْ لَآكِلُونَ مِنْهَا فَمَالِئُونَ مِنْهَا الْبُطُونَ ﴿٦٦﴾

৬৮। অদুগী তুংদা মখোইদা পীবিগনি থক্কবা ক্রুং-ক্রুং শৌবা ঈশিং,

ثُمَّ إِنَّ لَهُمْ عَلَيْهَا لَشَوْبًا مِّنْ حَمِيمٍ ﴿٦٧﴾

৬৯। অদুগী তুংদা মখোই শোয়দনমক হনজনগনি ড্রুং-ড্রুং চাকপা থাম্বি মৈকোমদা।

ثُمَّ إِنَّ مَرْجِعَهُمْ لَإِلَى الْجَحِيمِ ﴿٦٨﴾

৭০। তশেংবমক মখোইনা ফংখি মখোইগী মপা-মপুশিং লমফৈ-খোঙফম্নবা,

إِنَّهُمْ أَلْفَوْا آبَاءَهُمْ ضَالِّينَ ﴿٦٩﴾

৭১। মরমদুনা মখোইনা তহা-তহা চৎখি (তুং-ইন্দুনা) মখোইগী খোঙ্গুল।

فَهُمْ عَلَىٰ آثَارِهِمْ يُهْرَعُونَ ﴿٧٠﴾

৭২। থাঙ্গৈমকশেংনা মমাংঙৈগী মী অয়াম্বনা লম্মুক্কখি মখোইগী মমাংদা,

وَلَقَدْ ضَلَّ قَبْلَهُمْ أَكْثَرُ الْأَوَّلِينَ ﴿٧١﴾

৭৩। অমসুং ঐখোইনা তশেংবমক থাবিখি চেকশনহন্নবগী পাওমেনবা মীশিং মখোইদা।

وَلَقَدْ أَرْسَلْنَا فِيهِم مُّنذِرِينَ ﴿٧٢﴾

৭৪। মরমদুনা য়েংউ! করি পোল্লোই থোকখিবা চেকশনহন্নবগী পাওমেনবিখ্রবশিংদো,

فَانظُرْ كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الْمُنذَرِينَ ﴿٧٣﴾

৭৫। নত্তনা অল্লাহগী অখন্নবা মনাইশিংদো।

إِلَّا عِبَادَ اللَّهِ الْمُخْلَصِينَ ﴿٧٤﴾

৩ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ نَادٰىنَا نُوْحٌ فَلَنِعْمَ الْمُجِيْبُوْنَ ﴿٧٥﴾

৭৫। অদুগা নুহনা তশেংবমক হঙ্গৎচখি ঐখোইদা (মতেং পাংবিনবগী), অমসুং (য়েংউ!) কয়াদা ফজনা ঐখোইনা পাওখুম্বিখিবা (মহাক্কী হায়জ-নীজবদা)।

وَنَجَّيْنٰهُ وَاَهْلَهٗ مِنَ الْكَرْبِ الْعَظِيْمِ ﴿٧٦﴾

৭৭। অদুগা ঐখোইনা ঙাকপিখি মহাকপু অমসুং মহাক্কী মীশিংবু অচৌবা (ঈশিং ঈচাওগী) অরাবদগী,

وَجَعَلْنَا ذُرِّيَّتَهٗ هُمُ الْبٰقِيْنَ ﴿٧٧﴾

৭৮। অমসুং ঐখোইনা হিংহনবিখি মহাক্কী মচাশিংবু,

وَتَرَكْنَا عَلَيْهِ فِي الْاٰخِرِيْنَ ﴿٧٨﴾

৭৯। অমসুং ঐখোইনা থম্বিখি মহাক্কীদমক (অফবা মিংচৎ) হৌরকলিবা শুরোনশিংগী মরক্তা;

سَلٰمٌ عَلٰى نُوْحٍ فِي الْعٰلَمِيْنَ ﴿٧٩﴾

৮০। (কৎলি) "সলাম" নুহগী মথক্তা জাতিশিংগী মায়কৈদগী।

اِنَّا كَذٰلِكَ نَجْزِي الْمُحْسِنِيْنَ ﴿٨٠﴾

৮১। অসুম্না, তশেংবমক, ঐখোইনা পীনবি মহে অফবা তৌবশিংবু।

اِنَّهٗ مِنْ عِبَادِنَا الْمُؤْمِنِيْنَ ﴿٨١﴾

৮২। থাঙ্গৈমকশেংনা, মহাক ওইরম্মী (অমা) ঐখোইগী অচুম্বা থাজবা ইনাইশিংগী মরক্তা।

ثُمَّ اَغْرَقْنَا الْاٰخَرِيْنَ ﴿٨٢﴾

৮৩। অদুগী তুংদা ঐখোইনা ঈরাক-শিনহনবিখি অতোপ্পা পুকচেন চুমদবশিং)বু।

وَاِنَّ مِنْ شِيْعَتِهٖ لَاِبْرٰهِيْمَ ﴿٨٣﴾

৮৪। অদুগা, তশেংবমক, ইব্রাহীমসু ওইরম্মী মহাক্কী কাঙবুদা।

اِذْ جَآءَ رَبَّهٗ بِقَلْبٍ سَلِيْمٍ ﴿٨٤﴾

৮৫। (য়েংউ!) মহাকনা লাকখি মহাক্কী মপুগী মনাক্তা মপুকচেন তিংনা।

اِذْ قَالَ لِاَبِيْهِ وَقَوْمِهٖ مَاذَا تَعْبُدُوْنَ ﴿٨٥﴾

৮৬। (য়েংউ!) মহাকনা হায়খি মহাক্কী মপাবুংদা অমসুং মহাক্কী মীশিংদা ঃ "নখোই করম্বা পোৎকী থৌগল তৌবগে?

اَئِفْكًا اٰلِهَةً دُوْنَ اللّٰهِ تُرِيْدُوْنَ ﴿٨٦﴾

৮৭। "নখোইনা পাম্রা অল্লাহ নত্তবা অরানবা লাইশিংবু?

فَمَا ظَنُّكُمْ بِرَبِّ الْعٰلَمِيْنَ ﴿٨٧﴾

৮৮। "মরমদুনা নখোইগী করি রাখলনো সংসার পুম্নমক্কী মপুগী মরমদা?"

৮৯। মতমদুদা মহাকনা মিৎয়েং অমা ফৎ য়েংখি থৱানমিচাকশিংদা,

فَنَظَرَ نَظْرَةً فِي النُّجُومِ ﴿٨٨﴾

৯০। অমসুং হায়খি ঃ "তশেংবমক ঐ হকচাং ঈরে।

فَقَالَ إِنِّي سَقِيمٌ ﴿٨٩﴾

৯১। মরমদুনা মখোই চৎখিরম্মী মতুং ওথোক্তুনা মঙোন্দগী।

فَتَوَلَّوْا عَنْهُ مُدْبِرِينَ ﴿٩٠﴾

৯২। মতমদুদা মহাকনা লোৎনা চৎখি মখোইগী লাইশিংগী মনাক্তা অমসুং হায়খি ঃ "নখোই করিসু চারোইদ্রা ?"

فَرَاغَ إِلَىٰ آلِهَتِهِمْ فَقَالَ أَلَا تَأْكُلُونَ ﴿٩١﴾

৯৩। "করি তৌরবগে নখোই ৱা ইঙাঙ-ঙাঙদবসিবু ?"

مَا لَكُمْ لَا تَنطِقُونَ ﴿٩٢﴾

৯৪। মরমদুনা মহাকনা খঙহৌদনা ফুগায়খি মখোইবু মখুৎ য়েৎনা।

فَرَاغَ عَلَيْهِمْ ضَرْبًا بِالْيَمِينِ ﴿٩٣﴾

৯৫। মদুগী মরম্না (মহাক্কী শীংলুপকী মীশিং) চেন্না চেন্না লাকখি মহাক্কী মনাক্তা।

فَأَقْبَلُوا إِلَيْهِ يَزِفُّونَ ﴿٩٤﴾

৯৬। মহাকনা হায়খি ঃ "নখোইনা থৌগল তৌব্রা নখোই (নশামক) না ইত্তুনা শেম্বদু ?

قَالَ أَتَعْبُدُونَ مَا تَنْحِتُونَ ﴿٩٥﴾

৯৭। "তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা শেম-শাবিখিবনি নখোইবু অমসুং নখোইগী খুৎনা শাবা পুম্নমকসু।"

وَاللَّهُ خَلَقَكُمْ وَمَا تَعْمَلُونَ ﴿٩٦﴾

৯৮। মখোইনা হায়খি ঃ "শাগৎলু চিতা অমা মহাক্কীদমক অমসুং হুনজল্লু মহাকপু ঙুং-ঙুং চাকপা খাম্বি মৈনুংদা।"

قَالُوا ابْنُوا لَهُ بُنْيَانًا فَأَلْقُوهُ فِي الْجَحِيمِ ﴿٩٧﴾

৯৯। অসুম্না মখোইনা থৌরাংখি ফত্তবা তৌগদবগী মহাকপু, তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা ঈকাই ফিরুক খুমহনবিখি মখোইবু।

فَأَرَادُوا بِهِ كَيْدًا فَجَعَلْنَاهُمُ الْأَسْفَلِينَ ﴿٩٨﴾

১০০। অদুগা মহাকনা হায়খি ঃ "তশেংবমক ঐ চৎকদৌরি ঐগী মপুগী মায়কৈদা, মহাকনা লমজিংবিগনি ঐবু।

وَقَالَ إِنِّي ذَاهِبٌ إِلَىٰ رَبِّي سَيَهْدِينِ ﴿٩٩﴾

১০১। (মহাকনা নীজখি ঃ) "ঐগী মপুও পীনবিয়ু ঐঙোন্দা ধর্ম্ম লৈবা (ইচ়া নিপা) অমা।"

رَبِّ هَبْ لِي مِنَ الصَّالِحِينَ ﴿١٠٠﴾

فَبَشَّرْنٰهُ بِغُلٰمٍ حَلِيْمٍ ﴿١٠٢﴾

১০২। মরমদুনা ঐখোইনা পীবিখি মহাকপু হরাওবা পাওজেন অখাংকনবা মচা নিপা অমা (পোক্কনি হায়ব)গী।

فَلَمَّا بَلَغَ مَعَهُ السَّعْيَ قَالَ يٰبُنَيَّ اِنِّيْٓ اَرٰى فِى الْمَنَامِ اَنِّيْٓ اَذْبَحُكَ فَانْظُرْ مَاذَا تَرٰى ۭ قَالَ يٰٓاَبَتِ افْعَلْ مَا تُؤْمَرُ ۡ سَتَجِدُنِيْٓ اِنْ شَاۗءَ اللّٰهُ مِنَ الصّٰبِرِيْنَ ﴿١٠٣﴾

১০৩। তৌইগুম্বসুং মহাকনা য়ৌরবদা (চহি মতাং) থবক শুবা য়াবগী (মপা) মহাক লোয়ননা, মহাকনা হায়খি ঃ "পারি ইবুঙো ! ঐনা উখি মঙদা ঐনা বলি কৎপা নংবু; মরমদুনা খল্লু পারি নং (হৌজিক) করি খল্লি (মদুগী)। মহাকনা পাওখুমখি ঃ "অপোকপা ! পাংথোক্কুবা তৌবিয়ু হুকুম তৌবিখিবগী মতুংইন্না; অল্লাহনা চানবিরবদি, ইপানা ফংবিগনি ঐবু অখাংকনবা (অমসুং নীংহন্নদবা ঐগী ঈমান্দা)।"

فَلَمَّآ اَسْلَمَا وَتَلَّهٗ لِلْجَبِيْنِ ﴿١٠٤﴾

১০৪। মখোই (মপা মচা) অনিমক্কা য়ানখ্রবদা (মপুগী অপাম্বদা) অমসুং মহাকনা তুথহনখ্রবদা (মহাক্কী মচা নিপাবু) মরায়বক লোংনা,

وَنَادَيْنٰهُ اَنْ يّٰٓاِبْرٰهِيْمُ ﴿١٠٥﴾

১০৫। ঐখোইনা কৌবিখি মহাকপু ঃ "হে ইব্রাহীম !

قَدْ صَدَّقْتَ الرُّءْيَا ۚ اِنَّا كَذٰلِكَ نَجْزِي الْمُحْسِنِيْنَ ﴿١٠٦﴾

১০৬। "নংনা তশেংবমক পাংথোকখ্রে নমঙ (দা উখিবা) অদু। থাঙ্গৈশেংবমক, ঐখোইনা মহে পীনবি অফবা তৌবশিংবু।

اِنَّ هٰذَا لَهُوَ الْبَلٰۗـؤُا الْمُبِيْنُ ﴿١٠٧﴾

১০৭। থাঙ্গৈশেংবমক, মসি তশেং-তশেংবা চাংয়েংনি।

وَفَدَيْنٰهُ بِذِبْحٍ عَظِيْمٍ ﴿١٠٨﴾

১০৮। অদুগা ঐখোইনা থাদোকহনবিখি মহাকপু (মহুৎ শীনবিদুনা) অচৌবা কুরবানী অমনা।

وَتَرَكْنَا عَلَيْهِ فِي الْاٰخِرِيْنَ ﴿١٠٩﴾

১০৯। অমসুং ঐখোইনা লৈহনবিখি মহাক্কীদমক (অফবা মিংচৎ) তুংদা হৌরকলিবা শুরোনশিংগী মরক্তা,

سَلٰمٌ عَلٰٓي اِبْرٰهِيْمَ ﴿١١٠﴾

১১০। "সলাম (অঙ্গংবা লৈবা ওইসনু) মথক্তা ইব্রাহীমগী !"

كَذٰلِكَ نَجْزِي الْمُحْسِنِيْنَ ﴿١١١﴾

১১১। অসুম্না ঐখোইনা পীনবি মহে অফবা তৌবশিংবু।

إِنَّهُۥ مِنْ عِبَادِنَا ٱلْمُؤْمِنِينَ ﴿١١١﴾

১১২। তশেংবমক মহাক ওইরম্মী (অমা) ঐখোইগী অচুম্বা থাজবা ইনাইশিংগী মরক্তা।

وَبَشَّرْنَٰهُ بِإِسْحَٰقَ نَبِيًّا مِّنَ ٱلصَّٰلِحِينَ ﴿١١٢﴾

১১৩। অদুগা ঐখোইনা পীখি মহাকপু হরাওবা পাও (মচা নিপা) ইসহাক (পোক্কনি হায়বগী, মহাক) নবীনি, অচুম্বা শকপান্নবশিংগী মরক্তা।

وَبَٰرَكْنَا عَلَيْهِ وَعَلَىٰٓ إِسْحَٰقَ ۚ وَمِن ذُرِّيَّتِهِمَا مُحْسِنٌ وَظَالِمٌ لِّنَفْسِهِۦ مُبِينٌ ﴿١١٣﴾

১১৪। অদুগা ঐখোইনা পীখি য়াইফখোল মঙোন্দা অমসুং ইসহাকদা। অদুগা মখোইগী মচা-মশুশিংগী মরক্তা খরনা অফবা লম্বীনবশিংনি অমসুং অতোপ্পা খরনা তশেং-তশেংনা অরানবা খোঙফম্নবশিংনি।

৪ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ مَنَنَّا عَلَىٰ مُوسَىٰ وَهَٰرُونَ ﴿١١٤﴾

১১৫। অদুগা, তশেংবমক, ঐখোইনা পীখি থৌজাল মুসা অমসুং হারুন্দা;

وَنَجَّيْنَٰهُمَا وَقَوْمَهُمَا مِنَ ٱلْكَرْبِ ٱلْعَظِيمِ ﴿١١٥﴾

১১৬। অমসুং ঐখোইনা কনবিখি মখোই অনিমকবু অমসুং মখোইগী মীশিংবু অচৌবা অৱাবদগী;

وَنَصَرْنَٰهُمْ فَكَانُوا۟ هُمُ ٱلْغَٰلِبِينَ ﴿١١٦﴾

১১৭। অমসুং ঐখোইনা তেংবাংবিখি মখোইবু, অমসুং মখোই ওইখি জয় তৌবশিং।

وَءَاتَيْنَٰهُمَا ٱلْكِتَٰبَ ٱلْمُسْتَبِينَ ﴿١١٧﴾

১১৮। অদুগা ঐখোইনা পীখি মখোইবু কিতাব শেংনা লূনা ফোংদোকলবা;

وَهَدَيْنَٰهُمَا ٱلصِّرَٰطَ ٱلْمُسْتَقِيمَ ﴿١١٨﴾

১১৯। অমসুং ঐখোইনা লমজিংবিখি মখোইবু অচুম্বা লম্বীদা;

وَتَرَكْنَا عَلَيْهِمَا فِى ٱلْءَاخِرِينَ ﴿١١٩﴾

১২০। অমসুং ঐখোইনা লৈহনবিখি মখোইগী-দমক (অফবা মিংচৎ) তুংদা হৌরকলিবা শুরোন-শিংগী মরক্তা—

سَلَٰمٌ عَلَىٰ مُوسَىٰ وَهَٰرُونَ ﴿١٢٠﴾

১২১। "সলাম (অঙাংবা লৈবা ওইসনু) মথক্তা মুসা অমসুং হারুনগী।"

إِنَّا كَذَٰلِكَ نَجْزِى ٱلْمُحْسِنِينَ ﴿١٢١﴾

১২২। অসুম্না, তশেংবমক, ঐখোইনা পীনবি মহে অফবা তৌবশিংবু।

إِنَّهُمَا مِنْ عِبَادِنَا ٱلْمُؤْمِنِينَ ﴿١٢٢﴾

১২৩। থাজশেংবমক মখোই অনিমক ওইরম্মী ঐখোইগী অচুম্বা থাজবা ইনাইশিংগী মরক্তা।

وَاِنَّ اِلْيَاسَ لَمِنَ الْمُرْسَلِيْنَ ﴿١٢٣﴾

১২৪। অদুগা ইলয়াসসু তশেংবমক ওইরম্মী (অমা) ধর্ম্ম পাওতাকপশিংগী মরক্তা।

اِذْ قَالَ لِقَوْمِهٖٓ اَلَا تَتَّقُوْنَ ﴿١٢٤﴾

১২৫। (য়েংউ!) মহাকনা হায়খি মহাক্কী মীশিংদা ঃ "নখোই ধর্ম্ম লম্বীনরোইদ্রা ?

اَتَدْعُوْنَ بَعْلًا وَّتَذَرُوْنَ اَحْسَنَ الْخَالِقِيْنَ ﴿١٢٥﴾

১২৬। "নখোইনা কৌব্রা (অমসুং পুজা তৌব্রা) 'বাল' (সূর্য্য দেব)বু অমসুং থাদোকলব্রা খ্বাইদগী হেন্না ফবা লৈশেম-নুংশেম্বা—

اللّٰهَ رَبَّكُمْ وَرَبَّ اٰبَآئِكُمُ الْاَوَّلِيْنَ ﴿١٢٦﴾

১২৭। "অল্লাহ, নখোইগী মপু অমসুং নখোইগী অরিবা নপা নপুশিংগী মপুবু ?"

فَكَذَّبُوْهُ فَاِنَّهُمْ لَمُحْضَرُوْنَ ﴿١٢٧﴾

১২৮। তৌইগুম্বসুং মখোইনা য়াখিদে মহাকপু; মরমদুনা মখোইবু শোয়দনমক হাজির তৌবিগনি (য়ায়েল-চৈরাক্তা).

اِلَّا عِبَادَ اللّٰهِ الْمُخْلَصِيْنَ ﴿١٢٨﴾

১২৯। নত্তনা অল্লাহগী 'অখন্নবা' মনাইশিংদো।

وَتَرَكْنَا عَلَيْهِ فِى الْاٰخِرِيْنَ ﴿١٢٩﴾

১৩০। অদুগা ঐখোইনা লৈহনবিখি মহাক্কীদমক (অফবা মিংচৎ) তুংদা হৌরকলিবা শুরোনশিংগী মরক্তা.

سَلٰمٌ عَلٰٓى اِلْ يَاسِيْنَ ﴿١٣٠﴾

১৩১। "সলাম (অঙ্গংবা লৈবা ওইসনু) মথক্তা ইলয়াস (অমসুং মহাক্কী মীশিংগী)।"

اِنَّا كَذٰلِكَ نَجْزِى الْمُحْسِنِيْنَ ﴿١٣١﴾

১৩২। অসুম্না, তশেংবমক, ঐখোইনা পীনবি মহৈ অফবা তৌবশিংবু।

اِنَّهٗ مِنْ عِبَادِنَا الْمُؤْمِنِيْنَ ﴿١٣٢﴾

১৩৩। তশেংবমক, মহাক ওইরম্মী (অমা) ঐখোইগী অচুম্বা থাজবা ইনাইশিংগী মরক্তা।

وَاِنَّ لُوْطًا لَّمِنَ الْمُرْسَلِيْنَ ﴿١٣٣﴾

১৩৪। অদুগা লুতসু তশেংবমক ওইরম্মী (অমা) ধর্ম্ম পাওতাকপশিংগী মরক্তা।

اِذْ نَجَّيْنٰهُ وَاَهْلَهٗٓ اَجْمَعِيْنَ ﴿١٣٤﴾

১৩৫। (য়েংউ!) ঐখোইনা কনবিখি মহাকপু অমসুং মতুং ইনবশিংবু পুল্লপ্লা.

اِلَّا عَجُوْزًا فِى الْغٰبِرِيْنَ ﴿١٣٥﴾

১৩৬। (মহাক্কী)নুপী হনুবীদ নত্তনা মহাক্তি (য়াওখ্রে) তুংদা লৈথহৌবশিংগী মরক্তা।

ثُمَّ دَمَّرْنَا الْاٰخَرِيْنَ ﴿١٣٦﴾

১৩৭। অদুগী তুংদা ঐখোইনা মাঙহনবিখি অতোপ্পা (ফত্তরম লম্বীনবশিং)বু।

১৩৮। অদুগা তশেংবমক নখোইনা শমদুনা চৎলি (মাঙহনবিখ্রবা শহরশিংদু) অয়ুক্তা,

وَإِنَّكُمْ لَتَمُرُّونَ عَلَيْهِم مُّصْبِحِينَ ﴿١٣٧﴾

১৩৯। অমসুং অহিংদা। করি মরমগী নখোই খঙদরিবা ?

ع وَبِالَّيْلِ ۚ أَفَلَا تَعْقِلُونَ ﴿١٣٨﴾

৫ শুবা রুকূ

১৪০। অদুগা তশেংবমক য়ুনুসসু ওইরম্মী (অমা) ধর্ম্ম পাওতাকপশিংগী মরক্তা।

وَإِنَّ يُونُسَ لَمِنَ الْمُرْسَلِينَ ﴿١٣٩﴾

১৪১। (য়েংউ!) মহাকনা চেনখিবা মতমদা পোৎলুম পুবা জাহাজ অমদা,

إِذْ أَبَقَ إِلَى الْفُلْكِ الْمَشْحُونِ ﴿١٤٠﴾

১৪২। (জাহাজ অদু চৎলু হায়বা য়াখিদে) মরমদুনা মহাকনা লায়বক চাং য়েংখি (লোয়ননা) জহাজদা তোংলিবশিংগা তৌইগুম্বসুং ওইখি খন্দোকখাক।

فَسَاهَمَ فَكَانَ مِنَ الْمُدْحَضِينَ ﴿١٤١﴾

১৪৩। মরমদুনা (অচৌবা) ঙা অমনা উমশনখি মহাকপু মচীন্দা অমসুং মহাক ওইখি বদনাম তৌনঙাই।

فَالْتَقَمَهُ الْحُوتُ وَهُوَ مُلِيمٌ ﴿١٤٢﴾

১৪৪। তৌইগুম্বসুং মহাকনা ওইরমদ্রবদি (তসবীহ) স্তোত্র শক-শোলবশিংগী(অল্লাহগী),

فَلَوْلَا أَنَّهُ كَانَ مِنَ الْمُسَبِّحِينَ ﴿١٤٣﴾

১৪৫। মহাক শোয়দনমক লৈরমগনি মংগী মপুক মনুংদা শিবদগী অমুক হিংগৎ-হনবগী নুমিৎ য়ৌবফাওবা।

النصف لَلَبِثَ فِي بَطْنِهِ إِلَىٰ يَوْمِ يُبْعَثُونَ ﴿١٤٤﴾

১৪৬। অদুগী তুংদা ঐখোইনা হুনগৎপিখি মহাকপু অহাংবা লমহাংদা অসুং মহাক নারম্মী;

فَنَبَذْنَاهُ بِالْعَرَاءِ وَهُوَ سَقِيمٌ ﴿١٤٥﴾

১৪৭। অমসুং ঐখোইনা হৌহনবিখি খোংদ্রুম পাম্বী অমা মহাক্কী মথক্তা (উরুম লাংহনবগী);

وَأَنبَتْنَا عَلَيْهِ شَجَرَةً مِّن يَقْطِينٍ ﴿١٤٦﴾

১৪৮। অমসুং ঐখোইনা থাবিখি মহাকপু (ধর্ম্ম পাওতাকপা ওইনা, মী) লিশিং চামা নত্রগা মদুদগী হেনবদা;

وَأَرْسَلْنَاهُ إِلَىٰ مِائَةِ أَلْفٍ أَوْ يَزِيدُونَ ﴿١٤٧﴾

১৪৯। মতমদুদা মখোইনা থাজখি (মহাক্কী ধর্ম্ম পাওজেন); মরমদুনা ঐখোইনা পীবিখি মখোইবু (তাইবঙ পুন্সিগী) নুংঙাইবা মতম অমগী।

فَآمَنُوا فَمَتَّعْنَاهُمْ إِلَىٰ حِينٍ ﴿١٤٨﴾

১৫০। হৌজিক হংঙু মখোইদা নংগী মপুদি লৈব্রা মমোম (নুংঙোনবীশিং) তা অমসুং মখোইনা লৈব্রা মপারি (নুংজানবশিং) তা ?

فَاسْتَفْتِهِمْ أَلِرَبِّكَ الْبَنَاتُ وَلَهُمُ الْبَنُونَ ﴿١٤٩﴾

১৫১। নত্ত্রগা ঐখোইনা শেমখিব্রা স্বর্গ দুতশিংবু নুপীশিং ওইনা অমসুং মখোইনা ওইখিব্রা সাক্ষী (ঐখোইনা শেম-শাখিবদা) ?

أَمْ خَلَقْنَا الْمَلَائِكَةَ إِنَاثًا وَهُمْ شَاهِدُونَ ﴿١٥٠﴾

১৫২। য়েংউ! মখোইনা তশেংবমক নত্তবা ৱা শাজিন্দুনা হায় ঃ

أَلَا إِنَّهُمْ مِنْ إِفْكِهِمْ لَيَقُولُونَ ﴿١٥١﴾

১৫৩। "অল্লাহনা পোকই মচাশিং।" তৌইগুম্বসুং মখোই তশেংবমক মীনম্বশিংনি।

وَلَدَ اللَّهُ وَإِنَّهُمْ لَكَاذِبُونَ ﴿١٥٢﴾

১৫৪। মহাকনা খনগুব্রা মচা নুপীশিংবু হেন্না পাম্না মচা নিপাশিংদগী ?

أَصْطَفَى الْبَنَاتِ عَلَى الْبَنِينَ ﴿١٥٣﴾

১৫৫। করি ওইগনি হায়বগে নখোইনা তৌরিব-সিবু ? করম্না নখোই ৱা লেপ্পগে ?

مَا لَكُمْ كَيْفَ تَحْكُمُونَ ﴿١٥٤﴾

১৫৬। নখোই মুন্না ৱাখল তৌরোইদ্রা ?

أَفَلَا تَذَكَّرُونَ ﴿١٥٥﴾

১৫৭। নত্ত্রগা নখোইগী তশেংবা দলিল লৈব্রা ?

أَمْ لَكُمْ سُلْطَانٌ مُبِينٌ ﴿١٥٦﴾

১৫৮। অদু ওইরবদি, পুথোরকও নখোইগী কিতাব, নখোইনা অচুম্বা ওইরবদি।

فَأْتُوا بِكِتَابِكُمْ إِنْ كُنْتُمْ صَادِقِينَ ﴿١٥٧﴾

১৫৯। অদুগা মখোইনা থৈজল্লি মরী অমা অল্লাহ অমসুং জিনশিংগী মরক্তা, তৌইগুম্বসুং জিনশিংনা তশেংবমক খঙই মদুদি মখোইবু হাজির তৌবিগনি (অল্লাহগী ৱায়েল ফম্বে মমাংদা)।

وَجَعَلُوا بَيْنَهُ وَبَيْنَ الْجِنَّةِ نَسَبًا وَلَقَدْ عَلِمَتِ الْجِنَّةُ إِنَّهُمْ لَمُحْضَرُونَ ﴿١٥٨﴾

১৬০। অশেংবনি অল্লাহদি মখোইনা হায়জিল্লিবা (পুম্নমক) অদুদগী (মঙোন্দা),

سُبْحَانَ اللَّهِ عَمَّا يَصِفُونَ ﴿١٥٩﴾

১৬১। নত্তনা অল্লাহগী অখন্নবা মনাইশিংদো (মখোইনা থৈজন্দে করীগুম্বা মরী অমতা অল্লাহদা)।

إِلَّا عِبَادَ اللَّهِ الْمُخْلَصِينَ ﴿١٦٠﴾

১৬২। তশেংবমক, নখোই অমসুং নখোইনা ঈরাৎ পূজা তৌরিবা অদুনা—

فَإِنَّكُمْ وَمَا تَعْبُدُونَ ﴿١٦١﴾

১৬৩। নখোই কনানসু ঙমদে লান্না লমজিংবা কনামতবু মহাক্কী মাযাক্তা,

مَا أَنْتُمْ عَلَيْهِ بِفَاتِنِينَ ﴿١٦٢﴾

১৬৪। নত্তনা মহাকদু—মহাক চঙলগদবা ঙুং-ঙুং চাকপা নরক্কী মৈকোমদা।

إِلَّا مَنْ هُوَ صَالِ الْجَحِيمِ ﴿١٦٣﴾

১৬৫। অদুগা (পরেং নাইনা লেম্পশিংনা হায়ঃ) "ঐখোইগী মরক্তা লৈতে কনামতা মাগী মাগী অরেম্পা মফম অমমম লৈতবা ;

وَمَا مِنَّا إِلَّا لَهُ مَقَامٌ مَّعْلُومٌ ﴿١٦٤﴾

১৬৬। "অমসুং ঐখোই তশেংবমক পরেং নাইনা লেম্পশিংনি (অল্লাহগী থৌগল চঙবদা) ;

وَإِنَّا لَنَحْنُ الصَّافُّونَ ﴿١٦٥﴾

১৬৭। "অমসুং ঐখোই তশেংবমক (তসবীহ) স্তোত্র শক-শোলবশিংনি।"

وَإِنَّا لَنَحْنُ الْمُسَبِّحُونَ ﴿١٦٦﴾

১৬৮। অদুগা (লমফৈ-খোঙফম্নবশিং) মখোইনা মশিঙ্গাং ওইনা হায়খি ঃ

وَإِن كَانُوا لَيَقُولُونَ ﴿١٦٧﴾

১৬৯। করিগুম্বা ঐখোইগী লৈজরমলবদি নীংশিঙহনবা (কিতাব)অমা থাইনগী মীশিংদগী,

لَوْ أَنَّ عِندَنَا ذِكْرًا مِّنَ الْأَوَّلِينَ ﴿١٦٨﴾

১৭০। ঐখোই শোয়দনমক ওইরমগনি অল্লাহগী অখন্নবা মনাইশিং।

لَكُنَّا عِبَادَ اللَّهِ الْمُخْلَصِينَ ﴿١٦٩﴾

১৭১। অদুম ওইনমক (হৌজিক মদু ফোংদোক-পিখ্রবদা মখোইদা) মখোইনা থাজদে মদু, তৌইগুম্বসুং মখোই থুনমক খঙলগনি (মদু থাজদবগী ফল)।

فَكَفَرُوا بِهِ ۖ فَسَوْفَ يَعْلَمُونَ ﴿١٧٠﴾

১৭২। অদুগা তশেংবমক ঐখোইগী ইরাহে পীখ্রবনি ঐখোইগী ইনাইশিং (পাও শন্দোক্লবা) থাখিবশিংদা ;

وَلَقَدْ سَبَقَتْ كَلِمَتُنَا لِعِبَادِنَا الْمُرْسَلِينَ ﴿١٧١﴾

১৭৩। মদুদি মখোইবু শোয়দনমক তেংবাংবিগনি (ধর্ম্ম থাজদবশিংগা থেঙ্গায়নবদা),

إِنَّهُمْ لَهُمُ الْمَنصُورُونَ ﴿١٧٢﴾

১৭৪। অমসুং ঐখোইগী তেঙ্গোলশিংনা শোয়-দনমক লান ঙমগনি।

وَإِنَّ جُندَنَا لَهُمُ الْغَالِبُونَ ﴿١٧٣﴾

১৭৫। মরমদুনা নং নমায় ওন্থোকও মখোইদগী মতম খরদং (নংনা জয় তৌদরিবা ফাওবা),

فَتَوَلَّ عَنْهُمْ حَتَّىٰ حِينٍ ﴿١٧٤﴾

১৭৬। অমসুং য়েংঙু (অরা-অনং তাগদৌরিবদু) মখোইদা, মখোইসু উগনি (নংগী জয় অমসুং চাওখৎ খোঙথাং)।

وَأَبْصِرْهُمْ فَسَوْفَ يُبْصِرُونَ ﴿١٧٥﴾

| | |
|---|---|
| ১৭৭। মখোইনা থুনা থোকহন্নীংব্রা ঐখোইগী রায়েল-চৈরাক ? | اَفَبِعَذَابِنَا يَسْتَعْجِلُوْنَ ۝ |
| ১৭৮। তৌইগুম্বসুং মদুনা কুমথরকপা মতমদা মখোইগী মশুমাংদা, মদু ফত্তবা: অয়ুক ওইগনি হান্না চেকশন্নবগী হায়বিথ্রবা মখোইদুদা। | فَاِذَا نَزَلَ بِسَاحَتِهِمْ فَسَآءَ صَبَاحُ الْمُنْذَرِيْنَ ۝ |
| ১৭৯। অদুগা নং নমায় ওথোকউ মখোইদগী মতম খরদং, | وَتَوَلَّ عَنْهُمْ حَتّٰى حِيْنٍ ۝ |
| ১৮০। অমসুং য়েংউ (মখোই করম চথবা), মখোইসু উগনি (নংনা তৌবা জয়)। | وَّاَبْصِرْ فَسَوْفَ يُبْصِرُوْنَ ۝ |
| ১৮১। অশেংবনি নংগী মপুদি, মপুনি ইজ্জৎ (অমসুং শক্তি)গী, রাংনা লৈখ্রে মখোইনা হায়জিল্লিবা (পুম্নমক) অদুদগী; | سُبْحٰنَ رَبِّكَ رَبِّ الْعِزَّةِ عَمَّا يَصِفُوْنَ ۝ |
| ১৮২। অমসুং 'সলাম (অঙাংবা লৈবা ওইসনু) মথক্তা ধর্ম্ম পাওতাকপশিংগী!' | وَسَلٰمٌ عَلَى الْمُرْسَلِيْنَ ۝ |
| ১৮৩। অমসুং থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহগীনি, মপুনি সংসার পুম্নমক্কী। | وَالْحَمْدُ لِلّٰهِ رَبِّ الْعٰلَمِيْنَ ۝ |

# سُوْرَةُ صٓ مَكِّيَّةٌ

(৩৮)

সাদ। সূরহ ৩৮

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৮৯ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

صٓ وَالْقُرْاٰنِ ذِى الذِّكْرِ ②

২। অচুম্বা শকপান্নবা অল্লাহ (সাদিক), কসমনি কুরআনগী — পা'ওতাকনা পিক থনবনি (মসি ঐখোইগী ফোংদোকপিখিবা রাহৈনি)।

بَلِ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا فِىْ عِزَّةٍ وَّشِقَاقٍ ③

৩। তৌইগুম্বসুং অচুম্বা থাজদবশিংদি মশাবু রাংনা থাঙ্গৎচনীংবনি অমসুং তোখায়দোকনীং-বনি।

كَمْ اَهْلَكْنَا مِنْ قَبْلِهِمْ مِّنْ قَرْنٍ فَنَادَوْا وَّلَاتَ حِيْنَ مَنَاصٍ ④

৪। শুরোন কয়া য়াম্না মখোইগী মমাংদা ঐখোইনা মাঙ-তাকহনবিখ্রবা! মখোইনা লাউখি (কনবিনবগী), তৌইগুম্বসুং নাথোকনিঙঙাই মতম লৈখিদ্রে।

وَعَجِبُوْٓا اَنْ جَآءَهُمْ مُّنْذِرٌ مِّنْهُمْ ۡ وَقَالَ الْكٰفِرُوْنَ هٰذَا سٰحِرٌ كَذَّابٌ ⑤

৫। অদুগা মখোই অঙকপা চল্লি মদুদি চেকশনহন্নবগী পা'ওমেনবা মী অমা লাকখ্রে মখোইদা মখোইগী মরক্তগী; অমসুং অচুম্বা থাজদবশিংনা হায়ঃ "মহাক) অসি জাদুগরনি (অমসুং) মীনমজা ওবনি।

اَجَعَلَ الْاٰلِهَةَ اِلٰهًا وَّاحِدًا ۚ اِنَّ هٰذَا لَشَيْءٌ عُجَابٌ ⑥

৬। "মহাকনা শেম্রো লাই ময়ামবু লাই অমা ওইনা? মসি তশেংবমক অঙকপা পোৎনি (ঐখোইগী রাখলদা)।"

وَانْطَلَقَ الْمَلَاُ مِنْهُمْ اَنِ امْشُوْا وَاصْبِرُوْا عَلٰٓى اٰلِهَتِكُمْ ۚ اِنَّ هٰذَا لَشَيْءٌ يُّرَادُ ⑦

৭। অদুগা মখোইগী মরক্তা মকোক ওইবশিংনা হায়খি (অমনা অমদা)ঃ "চৎলো অমসুং চেৎনা পায়য়ু নখোইগী লাইশিংবু; তশেংবমক মসি তৌগে হায়বা অমা য়া'ওনা তৌবনি।

مَا سَمِعْنَا بِهٰذَا فِى الْمِلَّةِ الْاٰخِرَةِ ۚ اِنْ هٰذَآ اِلَّا اخْتِلَاقٌ ⑧

৮। "ঐখোই তাখিদরি (লাই অমতনি হায়বা নীতি) অসি তুং তাবা ধর্ম্মদা (ফাওবা): মসি করিসু নত্তে (চুমদনা) শাগৎপা নত্তনা।

৯। নীংশিঙহল্লিবা পোৎদু থাবিরকখ্রবা মঙোন্দা (হেন্না পাম্না) ঐখোইগী ইরক্তগী ? নত্তে, মখোইনা চিংনৈ ঐগী নীংশিঙহল্লিবা পোৎকী মরমদা। নত্তে, মখোই হৌজিক ফাওবা মহাউ তংদরি ঐগী রায়েল-চৈরাক্কী।

ءَأُنْزِلَ عَلَيْهِ الذِّكْرُ مِنْ بَيْنِنَا ۚ بَلْ هُمْ فِي شَكٍّ مِّنْ ذِكْرِي ۚ بَلْ لَّمَّا يَذُوقُوا عَذَابِ ⑨

১০। নত্ত্রগা মখোইনা মপু ওইরব্রা পুক্কৈশিং থৌজালগী নংগী মপু — পাঙ্গলবা (অমসুং) পীনা-হালেঙদবগী ?

أَمْ عِنْدَهُمْ خَزَائِنُ رَحْمَةِ رَبِّكَ الْعَزِيزِ الْوَهَّابِ ⑩

১১। নত্ত্রগা মখোইগী ওইরব্রা স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী নিংথৌ লৈবাক অমসুং অনিগী মরক্তা লৈবা পুম্নমক ? অদু ওইরবদি, মখোই (স্বর্গদা) কাখৎচসনু (মখোইগী লৈজবা) উপায়শিংনা।

أَمْ لَهُمْ مُّلْكُ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ وَمَا بَيْنَهُمَا ۖ فَلْيَرْتَقُوا فِي الْأَسْبَابِ ⑪

১২। মখোই তেঙ্গোল অমনি মীচং চঙশন্নখ্রবা কাঙবুশিংগী মরক্তা মায়থীবা পীবিগদৌরিবা মফম অসিদা।

جُنْدٌ مَّا هُنَالِكَ مَهْزُومٌ مِّنَ الْأَحْزَابِ ⑫

১৩। মখোইগী মমাংদা নুহগী কাঙলুপনসু, অমসুং আদশিংনসু অমসুং ফিরঔন, উচুকশিংগী মপুনসু মীনম্বা তাহনবিখি (মখোইগী) ধর্ম্ম পাওতাকপশিংবু,

كَذَّبَتْ قَبْلَهُمْ قَوْمُ نُوحٍ وَعَادٌ وَفِرْعَوْنُ ذُو الْأَوْتَادِ ⑬

১৪। অমসুং (অসুম্না তৌখি) সমূদ (কাঙলুপ)সু অমসুং লুতকী কাঙলুপসু অমসুং উমংগী মীশিংসু। মখোইসি মীচং চঙশন্নখ্রবশিংনি (অচুম্বগী মায়োক্তা)।

وَثَمُودُ وَقَوْمُ لُوطٍ وَأَصْحَابُ لْئَيْكَةِ ۚ أُولَٰئِكَ الْأَحْزَابُ ⑭

১৫। মখোই পুম্নমক মীনম্বা তাহনবিখি মখোইগী ধর্ম্ম পাওতাকপশিংবু, মরমদুনা ঐগী রায়েল-চৈরাকনা চপচানা খংফা-ফাখি মখোইবু।

إِنْ كُلٌّ إِلَّا كَذَّبَ الرُّسُلَ فَحَقَّ عِقَابِ ⑮

২ শুবা রুকূ

১৬। অদুগা (অচুম্বা থাজদবা) মখোইসি ঙাইহরিএ অকনবা খোল্লাও অমতং লাউথোরকপা, (মদু লাকখ্রবদা) পন্থবা লৈররোই (ঙাইহক্তং ফাওবা)।

وَمَا يَنْظُرُ هَٰؤُلَاءِ إِلَّا صَيْحَةً وَاحِدَةً مَّا لَهَا مِنْ فَوَاقٍ ⑯

وَقَالُوا رَبَّنَا عَجِّلْ لَّنَا قِطَّنَا قَبْلَ يَوْمِ الْحِسَابِ ﴿١٦﴾

১৭। মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইগী মপুও! খরা থুহনবিরকও ঐখোইগী (পীফম থোকপা রায়েল-চৈরাক্কী) শরুক অদু হিসাব লৌবিগদবা নুমিৎকী মমাংদা।"

اِصْبِرْ عَلٰى مَا يَقُوْلُوْنَ وَاذْكُرْ عَبْدَنَا دَاوٗدَ ذَا الْاَيْدِ ۚ اِنَّهٗٓ اَوَّابٌ ﴿١٧﴾

১৮। খাংহৈনা খাংঙু মখোইনা ঙাঙ-শকপদু (তারগা), অমসুং নীশিংঙু ঐখোইগী ইনাই দাউদ, শক্তি চেনববু; তশেংবমক মহাক মতম লৈবা খিবিক্তা ওনশনজখি (অল্লাহদা)।

اِنَّا سَخَّرْنَا الْجِبَالَ مَعَهٗ يُسَبِّحْنَ بِالْعَشِيِّ وَالْاِشْرَاقِ ﴿١٨﴾

১৯। তশেংবমক ঐখোইনা মখা পোনহনবিখি চীংজাওশিংবু মহাক্কী অদুনা মখোইনা শক-শোলনবা (অল্লাহগী মতিক মঙাল) মহাক্কা লোয়ননা য়াচংবা অমসুং নুমিৎ থোকপদা,

وَالطَّيْرَ مَحْشُوْرَةً ۗ كُلٌّ لَّهٗٓ اَوَّابٌ ﴿١٩﴾

২০। অমসুং (ঐখোইনা মখা পোনহনবিখি মহাক্কী) চেকলা উচেকশিংবুসু পুন্নপ-পুন্না: পুম্নমক মপুকনিং ওনশনজখি মঙোন্দা (মহাক্কী থৌ-খঙবগী)

وَشَدَدْنَا مُلْكَهٗ وَاٰتَيْنٰهُ الْحِكْمَةَ وَفَصْلَ الْخِطَابِ ﴿٢٠﴾

২১। অদুগা ঐখোইনা খুবম চেৎহনবিখি মহাক্কী নিংথৌ লৈবাক, অমসুং পীখি মহাকপু গ্ঞান অমসুং রায়েল বিচার।

وَهَلْ اَتٰىكَ نَبَؤُا الْخَصْمِ ۘ اِذْ تَسَوَّرُوا الْمِحْرَابَ ﴿٢١﴾

২২। অদুগা নংঙোন্দা য়ৌরকখিদব্রা রারী য়েক্নবা মী (অনি)গী? মখোইনা ফকলাং কাখত্তুনা চঙলকখি (দাউদকী) তুমফম কাদা—

اِذْ دَخَلُوْا عَلٰى دَاوٗدَ فَفَزِعَ مِنْهُمْ قَالُوْا لَا تَخَفْ ۚ خَصْمٰنِ بَغٰى بَعْضُنَا عَلٰى بَعْضٍ فَاحْكُمْ بَيْنَنَا بِالْحَقِّ وَلَا تُشْطِطْ وَاهْدِنَآ اِلٰى سَوَآءِ الصِّرَاطِ ﴿٢٢﴾

২৩। মখোইনা চঙলকখিবদা দাউদকী মনাক্তা, মহাক কিরম্মী মখোইবু। মখোইনা হায়খিঃ "কিগনু, ঐখোই অনি মুকদ্দমা তৌনরিবনি, অমনা লান্না তৌবিরে অতোপ্পবু, মরমদুনা চুম্না রায়েল বিচার তৌবিয়ু ঐখোইগী মরক্তা, তৌইগুম্বসুং চুমদবদি তৌবিগনু অমসুং লমজিংবিয়ু ঐখোইবু অচুম্বা লম্বীদা।

اِنَّ هٰذَآ اَخِيْ ۗ لَهٗ تِسْعٌ وَّتِسْعُوْنَ نَعْجَةً وَّلِيَ نَعْجَةٌ وَّاحِدَةٌ ۗ فَقَالَ اَكْفِلْنِيْهَا وَعَزَّنِيْ

২৪। (মুকদ্দমাগী মরোলদি অসিনিঃ) "তশেংবমক মসি ঐগী ইচিন ইনাওনিঃ মহাক্কী য়াও অমোম মরিফুতরা মাপন লৈ অমসুং ঐগীদি

য়াও অমোম অমতমক লৈ। অদুনা মহাকনা হায়ঃ 'পীথোকও মদু ঐঙোন্দা', অমসুং মহাকনা জবর তৌই ঐগী ইথক্তা রা ঙাঙবদা।"

فِي الْخِطَابِ ﴿٢٣﴾

২৫। (দাউদনা) পাওখুমখি ঃ "তশেংবমক মহাক লাল্লি নংগী য়াও অমোমবু তিনশল্লু হায়বগী মহাক্কী য়াও অমোমশিংদা। অদুগা থাঙ্গৈমকশেংনা শরুক য়ামিন্নবশিং অয়াম্বনা চুমদনা তৌই অমনা অমদা (করার তৌমিন্নবদা), নত্তনা অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা থবকশিং খোঙফম্নবনা, অদুম ওইনমক অসিগুম্বা মীওইশিং মশিং য়ামদে।" অদুগা দাউদনা মপুকনিংদা খনখি (থৌদোক অসিদা) ঐখোইনা চাং য়েংবিখি মহাকপু: মরমদুনা মহাকনা হঙ্গৎচখি মহাক্কী মপুদা অয়োন-অরান কোকপিনবগী, অমসুং খুরু খুদক কুপ্থদুনা খুরুমজখি অমসুং মপুকচেন হোংজখি (অল্লাহদা)।

সজদা

قَالَ لَقَدْ ظَلَمَكَ بِسُؤَالِ نَعْجَتِكَ إِلَىٰ نِعَاجِهِ ۖ وَإِنَّ كَثِيرًا مِّنَ الْخُلَطَاءِ لَيَبْغِي بَعْضُهُمْ عَلَىٰ بَعْضٍ إِلَّا الَّذِينَ آمَنُوا وَعَمِلُوا الصَّالِحَاتِ وَقَلِيلٌ مَّا هُمْ ۗ وَظَنَّ دَاوُودُ أَنَّمَا فَتَنَّاهُ فَاسْتَغْفَرَ رَبَّهُ وَخَرَّ رَاكِعًا وَأَنَابَ ۩ ﴿٢٤﴾

২৬। মরমদুনা ঐখোইনা ঙাকপিখি মহাকপু (অশোয়বা) অদুদগী; অমসুং তশেংবমক মহাকনা ফংখি ঐখোইগী ইনাক নকপা অমসুং খ্বাইদগী হেন্না ফবা চঙজফম।

فَغَفَرْنَا لَهُ ذَٰلِكَ ۖ وَإِنَّ لَهُ عِندَنَا لَزُلْفَىٰ وَحُسْنَ مَآبٍ ﴿٢٥﴾

২৭। (অদুগী তুংদা ঐখোইনা হায়বিখি ঃ) "হে দাউদ! ঐখোইনা শেম্বিখি নংবু খলিফহ অমা ওইনা পৃথিবীদা; মরমদুনা নং রায়েল বিচার তৌ মীশিংগী মরক্তা অচুম্বগা লোয়ননা অমসুং তুং ইনগনু (নশাগী) অপাম্বগী, অদুম তৌরবদি মদুনা হাইদোকহনবিখিগনি নংবু অল্লাহগী লম্বীদগী। তশেংবমক অল্লাহগী লম্বীদগী হাইদোকখ্রবশিংদো ফংগনি অকনবা রায়েল-চৈরাক, মরমদি মখোইনা কাউথোকখি হিসাব পীবগী নুমিৎপু।

يَا دَاوُودُ إِنَّا جَعَلْنَاكَ خَلِيفَةً فِي الْأَرْضِ فَاحْكُم بَيْنَ النَّاسِ بِالْحَقِّ وَلَا تَتَّبِعِ الْهَوَىٰ فَيُضِلَّكَ عَن سَبِيلِ اللَّهِ ۚ إِنَّ الَّذِينَ يَضِلُّونَ عَن سَبِيلِ اللَّهِ لَهُمْ عَذَابٌ شَدِيدٌ بِمَا نَسُوا يَوْمَ الْحِسَابِ ﴿٢٦﴾ ع

৩ শুবা রুকূ

২৮। অদুগা ঐখোইনা শেমখিদে স্বর্গ অমসুং পৃথিবীবু অমসুং অনিগী মরক্তা লৈবা পম্নমকবু করিসু কান্নদবদা। মসিনি রাখল লমফৈ-

وَمَا خَلَقْنَا السَّمَاءَ وَالْأَرْضَ وَمَا بَيْنَهُمَا بَاطِلًا ۚ ذَٰلِكَ ظَنُّ الَّذِينَ كَفَرُوا ۚ فَوَيْلٌ لِّلَّذِينَ كَفَرُوا

مِنَ النَّارِ ۝٢٧

খোঙফম্নবশিংগী। মরমসিনা অরাবনিদা! লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদি মাঙজরেদনা! মরমদি মৈগী (রায়েল-চৈরাকনা লাঙ্গোয় চনবিগদৌরিবদু মখোইবু)।

أَمْ نَجْعَلُ الَّذِينَ آمَنُوا وَعَمِلُوا الصَّالِحَاتِ كَالْمُفْسِدِينَ فِي الْأَرْضِ أَمْ نَجْعَلُ الْمُتَّقِينَ كَالْفُجَّارِ ۝٢٨

২৯। ঐখোইনা তৌবিগদ্রা অচুম্বা থাজখ্রবা অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনখ্রবশিংবু মান্ননা ফত্তনবা তৌবশিংগা পৃথিবীদা? ঐখোইনা তৌবিগদ্রা ধর্ম্ম ফম্বৈনবশিংবু মান্ননা ফত্তরম খোঙফম্নবশিংগা?

كِتَابٌ أَنْزَلْنَاهُ إِلَيْكَ مُبَارَكٌ لِيَدَّبَّرُوا آيَاتِهِ وَلِيَتَذَكَّرَ أُولُو الْأَلْبَابِ ۝٢٩

৩০। (মসি কুরআন) কিতাবনি ঐখোইনা থাবিখিবনি নংঙোন্দা য়াইফখোলনা পিক থনবনি, অদুনা মখোইনা রাখল থনজনবা মদুগী রারেং-শিংদা অমসুং জ্ঞান চৈরোইনবশিংনা পুকনিং চঙজনবা।

وَوَهَبْنَا لِدَاوُودَ سُلَيْمَانَ ۚ نِعْمَ الْعَبْدُ ۖ إِنَّهُ أَوَّابٌ ۝٣٠

৩১। অদুগা ঐখোইনা পীখি দাউদদা, সুলৈমান—মহাক থোইদোক্লা অফবা ইনাইনি (ঐখোইগী)। তশেংবমক মহাক মতম-পুম্বদা মপুকনিং ওনশনজখি (ঐখোইদা)।

إِذْ عُرِضَ عَلَيْهِ بِالْعَشِيِّ الصَّافِنَاتُ الْجِيَادُ ۝٣١

৩২। (নীংশিঙভু) মহাক্কী মমাংদা (য়েংনবগী) পুরকখিবদা (নোংমা) নুমিদাংরাই মতমদা শগোলশিং অফবা জাত্তা অমসুং মখোঙ-য়াংবা,

فَقَالَ إِنِّي أَحْبَبْتُ حُبَّ الْخَيْرِ عَنْ ذِكْرِ رَبِّي حَتَّىٰ تَوَارَتْ بِالْحِجَابِ ۝٣٢

৩৩। মহাকনা হায়খিঃ "ঐনা পামজে অফবা পোৎশিং মরমদি মখোইনা নীংশিঙহল্লি (ঐবু) ঐগী মপুবু। (অসুপকি মতিক পাম্না য়েংখি মখোইবু মদুদি) মখোইবু খনজনখিদরিবা ফাওবা (তাকলমদা হৌরকখিবা উফুলগী) পর্দানা (মখোইনা পরিং থাদুনা চেনখিবদা)।

رُدُّوهَا عَلَيَّ ۖ فَطَفِقَ مَسْحًا بِالسُّوقِ وَالْأَعْنَاقِ ۝٣٣

৩৪। (মহাকনা হায়খিঃ) "পুরকখো মখোইবু অমুকহন্না ঐঙোন্দা।" মরমদুনা (মখোইবু পুরকখ্রবদা) মহাকনা তকপি-নানবিখি (মখোইগী) মখোঙশিং অমসুং মঙকশমশিং।

وَلَقَدْ فَتَنَّا سُلَيْمَانَ وَأَلْقَيْنَا عَلَىٰ كُرْسِيِّهِ

৩৫। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা চাং য়েংবিখি

جَسَدًا ثُمَّ اَنَابَ ۝

সুলৈমানবু অমসুং ঐখোইনা থম্বিখি মহাক্কী সিংহাসন্দা (ইচম-চম্বা) হকচাং অমা। অদুগী তুংদা মহাকনা মপুকনিং ওনশনজখি (অল্লাহদা)।

قَالَ رَبِّ اغْفِرْ لِيْ وَهَبْ لِيْ مُلْكًا لَّا يَنْۢبَغِيْ لِاَحَدٍ مِّنْۢ بَعْدِيْ ۚ اِنَّكَ اَنْتَ الْوَهَّابُ ۝

৩৬। মহাকনা হায়খি ঃ "ঐগী মপুও! কোকপিয়ু ঐ (গী মগুম শোয়বা মিৎয়েং পাংশোয় নীকপা লমচৎ)বু অমসুং পীনবিয়ু ঐঙোন্দা নিংথৌ লৈবাক অমা মদু কনাগীসু মতিকচাবা ওইরোইদৌবা ঐগী ইতুংদা ঃ তশেংবমক নহাক্তি পীনা হালেঙ-দবনি।"

فَسَخَّرْنَا لَهُ الرِّيْحَ تَجْرِيْ بِاَمْرِهٖ رُخَآءً حَيْثُ اَصَابَ ۝

৩৭। মরমদুনা ঐখোইনা মখা পোনহনবিখি মহাক্কী মালং নুংশিৎপু, মদু তপ্না-তপ্না শিৎখি মহাক্কী হুকুমনা মহাকনা চৎনীংবা মফমদা ঃ

وَالشَّيٰطِيْنَ كُلَّ بَنَّآءٍ وَّغَوَّاصٍ ۝

৩৮। অমসুং (ঐখোইনা মখা পোনহনবিখি মহাক্কী) শৈতানশিং (মখোইগী মরক্তা য়াওরম্মী) য়ুমশা-কৈশাবশিং মখল পুম্নমক্কী অমসুং ঈরুপ্পাশিং (লাইজা ঈরেলপুং অচৌবদা) ;

وَّاٰخَرِيْنَ مُقَرَّنِيْنَ فِي الْاَصْفَادِ ۝

৩৯। অমসুং (ঐখোইনা পীখি মহাকপু) অতোপ্পা অতৈ য়োৎলৌ-কোৎলৌনা পুনশিনবশিং (থবক শীজন্নবগী মহাক্কী হুকুম মখাদা)।

هٰذَا عَطَآؤُنَا فَامْنُنْ اَوْ اَمْسِكْ بِغَيْرِ حِسَابٍ ۝

৪০। (ঐখোইনা হায়বিখি মঙোন্দা ঃ) "মসি ঐখোইগী বখশিশনি (নংঙোন্দা), মরমদুনা পীখো নীংতম্না নত্রগা পীগদবদা তোকথোকউ — হিসাব য়াওদনা।

وَاِنَّ لَهٗ عِنْدَنَا لَزُلْفٰى وَحُسْنَ مَاٰبٍ ۝

৪১। অদুগা তশেংবমক মহাক ওইখি ঐখোইগী ইনাক নকপা য়াবা (মী) অমা অমসুং ফংগনি খ্বাইদগী হেন্না ফবা চঙজফম (ঐখোইগী ইনাক্তা)।

৪ শুবা রুকূ

وَاذْكُرْ عَبْدَنَآ اَيُّوْبَ ۘ اِذْ نَادٰى رَبَّهٗٓ اَنِّيْ مَسَّنِيَ الشَّيْطٰنُ بِنُصْبٍ وَّعَذَابٍ ۝

৪২। অদুগা নীংশিঙউ ঐখোইগী ইনাই ঐয়ুববু, মহাকনা কৌজখি মহাক্কী মপুবু (অসি হায়দুনা ঃ) "তশেংবমক শৈতান্না পীবিখ্রে ঐবু অরাবা অমসুং অনংবা।"

৪৩। (ঐখোইনা পাওখুম্বিখি অসুম্না ঃ) "তকশল্লু (নংগী খুনেৎ শা অদু) নংগী নখোঙনা (মাংদা থুনা চৎখৎনবগী)। মফম অসিদা লৈরে (অঈংবা ঈফুৎ) ঈরুজনবগী অমসুং থকনবগী।"

ارْكُضْ بِرِجْلِكَ ۖ هَٰذَا مُغْتَسَلٌ بَارِدٌ وَشَرَابٌ ﴿٤٢﴾

৪৪। অদুগা ঐখোইনা (অমুকহন্না) পীখি মঙোন্দা মহাক্কী (মাঙখ্রবা) মতু মচাশিং অমসুং মখোইগুম্বা অতৈসু মখোইগা লোয়ননা থৌজাল অমা ওইনা ঐখোইদগী অমসুং নীংশিঙহন্নবা অমা ওইনা জ্ঞান চৈরোইনবশিংদা।

وَوَهَبْنَا لَهُ أَهْلَهُ وَمِثْلَهُم مَّعَهُمْ رَحْمَةً مِّنَّا وَذِكْرَىٰ لِأُولِي الْأَلْبَابِ ﴿٤٣﴾

৪৫। অদুগা (ঐখোইনা হায়বিখি মঙোন্দা ঃ) "লৌনখুত্তা উশা মচা খুবাম অমা-অমসুং ফু (নংগী মলিকহদু) মদুনা অমসুং থুগায়গনু নংগী ৱাশক।" ঐখোইনা তশেংবমক ফংখি মহাকপু অৱাবা খাংবা হৈবা ওইনা (অমসুং) থোইদোক্লা অফবা মীনাই ওইনা। তশেংবমক, মহাক মতম লৈবা খিবিক্তা মপুকনিং ওনশনজখি (অল্লাহদা)।

وَخُذْ بِيَدِكَ ضِغْثًا فَاضْرِب بِّهِ وَلَا تَحْنَثْ ۗ إِنَّا وَجَدْنَاهُ صَابِرًا ۚ نِّعْمَ الْعَبْدُ ۖ إِنَّهُ أَوَّابٌ ﴿٤٤﴾

৪৬। অদুগা নীংশিঙঙু ঐখোইগী ইনাইশিং ঃ ইব্রাহীম অমসুং ইসহাক অমসুং য়'অকুব—(মখোই) পাঙ্গল-লৈবনি অমসুং (পুকনিংনা) উবগী শক্তি লৈবনি।

وَاذْكُرْ عِبَادَنَا إِبْرَاهِيمَ وَإِسْحَاقَ وَيَعْقُوبَ أُولِي الْأَيْدِي وَالْأَبْصَارِ ﴿٤٥﴾

৪৭। তশেংবমক ঐখোইনা খনবিখি মখোইবু থোইদোকপা (শীংথা) অমগী ঃ নীংশিঙহন্দুনা (মীওইবশিংদা) আখেরতকী যুমগী (পাওজেন) ;

إِنَّا أَخْلَصْنَاهُم بِخَالِصَةٍ ذِكْرَى الدَّارِ ﴿٤٦﴾

৪৮। অমসুং তশেংবমক মখোই ঐখোইগী ইনাক্তা অখন্নবা অমসুং পুমহেন হেন্না ফবা (মীশিং)নি।

وَإِنَّهُمْ عِندَنَا لَمِنَ الْمُصْطَفَيْنَ الْأَخْيَارِ ﴿٤٧﴾

৪৯। অদুগা নীংশিঙঙু ইসমাঈল অমসুং অল-য়স'অ অমসুং জুল কিফল—মখোই পুম্নমক ওইখি পুমহেনৈ হেন্না ফবা (মীশিং অমসুং মখোইগী শকলৈদি মকপা তৌদে কদৌঙৈদসু)।

وَاذْكُرْ إِسْمَاعِيلَ وَالْيَسَعَ وَذَا الْكِفْلِ ۖ وَكُلٌّ مِّنَ الْأَخْيَارِ ﴿٤٨﴾

৫০। মসি নীংশিংহন্নবা ৱানি। অদুগা ধর্ম্ম ফম্বৈনবশিং তশেংবমক ফংগনি খ্বাইদগী হেন্না ফবা চঙজফম—

هَٰذَا ذِكْرٌ ۚ وَإِنَّ لِلْمُتَّقِينَ لَحُسْنَ مَآبٍ ﴿٤٩﴾

جَنّٰتِ عَدْنٍ مُّفَتَّحَةً لَّهُمُ الْاَبْوَابُ ۝٥١

৫১। মতম চুপ্পা নুংঙাইদুনতা লৈরগদৌবা (অঙৈংবগী) লৈকোনশিংদা ঃ মখোইদুগী কোন্থোংশিং হাংদুনা লৈ মখোইগীদমক্তা ;

مُتَّكِـِٕيْنَ فِيْهَا يَدْعُوْنَ فِيْهَا بِفَاكِهَةٍ كَثِيْرَةٍ وَّشَرَابٍ ۝٥٢

৫২। (মখোই) ঙাথগনি মদুগী মনুংদা (নুংঙাইখ্রবা গদ্দী মথক্তা) কৌগনি (চানবা) হৈরাং (অথুম্বা মখল কয়া) অমসুং থক্নবা (অহাউবা মহী কয়া)।

وَعِنْدَهُمْ قٰصِرٰتُ الطَّرْفِ اَتْرَابٌ ۝٥٣

৫৩। অমসুং মখোইগী মনাক্তা লৈগনি (থৌগল নুবীশিং) মিৎয়েং চোয়দা য়েংদবী (থম্মোই খুদিং হুনঙাই ওইবী) শামান লেংমান্নবশিং।

هٰذَا مَا تُوْعَدُوْنَ لِيَوْمِ الْحِسَابِ ۝٥٤

৫৪। মসিনি নখোইদা (পীগনি হায়না) রাশক তৌরিবদু হিসাব লৌবগী নুমিত্তা।

اِنَّ هٰذَا لَرِزْقُنَا مَا لَهٗ مِنْ نَّفَادٍ ۝٥٥

৫৫। তশেংবমক, মসি ঐখোইগী চিঙ্গাকনি কদৌঙৈদসু লোয়বা নাইরোইদবা।

هٰذَا ۚ وَاِنَّ لِلطّٰغِيْنَ لَشَرَّ مَاٰبٍ ۝٥٦

৫৬। মসি (পীবিগনি অচুম্বা থাজবশিংদা)। তৌইগুম্বসুং কা হেন্দোকপশিংগী লৈ ফত্তবা মতেফম—

جَهَنَّمَ ۚ يَصْلَوْنَهَا ۚ فَبِئْسَ الْمِهَادُ ۝٥٧

৫৭। যম লৈবাক্তা, মখোই চঙগনি মদুগী মনুংদা। কয়াদা ফত্তবা য়াতুংফমনো !

هٰذَا ۙ فَلْيَذُوْقُوْهُ حَمِيْمٌ وَّغَسَّاقٌ ۝٥٨

৫৮। মসি (মনা-মথিন্নি মখোইগী), মরমদুনা মখোই মহাউ তংজসনু ক্রুং-ক্রুং শৌবা অমসুং তর-তর চিংশিন্না ঈংবা (ঈশিং),

وَّاٰخَرُ مِنْ شَكْلِهٖٓ اَزْوَاجٌ ۝٥٩

৫৯। অমসুং মসিগা মান্নবা অতোপ্পা (দণ্ডি) কয়া।

هٰذَا فَوْجٌ مُّقْتَحِمٌ مَّعَكُمْ ۚ لَا مَرْحَبًا ۢ بِهِمْ ۭ اِنَّهُمْ صَالُوا النَّارِ ۝٦٠

৬০। (অসি হায়বিগনি ওক্ত-লম্হেল-চিংবা মীশিংদা ঃ) "মসি তেঙ্গোল অমনি (নখোইগী) করোংচাক যুংনা চেনমিন্নরম্বা নখোইগা লোয়ননা।" হরাও-হরাও ওকপিরোই মখোইবু। মখোই শোয়দনা চাকথেকলগনি থাম্বি মৈরেং অরাবনা।

قَالُوْا بَلْ اَنْتُمْ ۣ لَا مَرْحَبًا ۢ بِكُمْ ۭ اَنْتُمْ قَدَّمْتُمُوْهُ

৬১। মখোই (অরানবা তুং ইনখিবশিং)না

لَنَا ۖ فَبِئْسَ الْقَرَارُ ﴿٦١﴾

হায়গনি ঃ "নত্তে, নখোই (য়াথং ৱাপে হায়খিবশিং)নি। তরাম-তরাম তৌবিররোই নখোইবু। নখোইননি থৌরাংবিখিবা (মফম) অসি ঐখোইগীদমক (লান্না লমজিংবিদুনা)। কয়াদা ফত্তবা য়াতুংফমনো মসি!"

قَالُوْا رَبَّنَا مَنْ قَدَّمَ لَنَا هٰذَا فَزِدْهُ عَذَابًا ضِعْفًا فِي النَّارِ ﴿٦٢﴾

৬২। মখোইনা (মখা শমথদুনা) হায়গনি ঃ "ঐখোইগী মপুও! (অরাফম) অসিদা ঐখোইবু পুবিরকখিবা মহাক্কী মথক্তা পীবিয়ু চৈরাক পোৎমা খাম্বি মৈনুংদা।"

وَقَالُوْا مَا لَنَا لَا نَرٰى رِجَالًا كُنَّا نَعُدُّهُمْ مِّنَ الْاَشْرَارِ ﴿٦٣﴾

৬৩। অদুগা মখোইনা (অসিসু) হায়গনি ঃ "করি মরম্না ওইরবনো ঐখোইনা উদবশিবু (মফম অসিদা) অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইবু ঐখোইনা মশিং চল্লমখিবা ফত্তবশিংগী মরক্তা?

اَتَّخَذْنٰهُمْ سِخْرِيًّا اَمْ زَاغَتْ عَنْهُمُ الْاَبْصَارُ ﴿٦٤﴾

৬৪। "ঐখোইনা (লান্না) লৌখ্রব্রা মখোইবু নোক্নফম ওইনা, নত্রগা (ঐখোইগী) মিৎশিংনা নাথোকখ্রব্রা মখোইবু (করিগুম্বা মফম অমদা)?

اِنَّ ذٰلِكَ لَحَقٌّ تَخَاصُمُ اَهْلِ النَّارِ ﴿٦٥﴾

৬৫। তশেংবমক, মসি অচুম্বনি (নাখেশেংবা ৱাচুমনি), খাম্বি মৈকোমদা লৈবশিংগী চীন্দান্ননা খৎনবা ফিবমনি।

৫ শুবা রুকূ

قُلْ اِنَّمَآ اَنَا مُنْذِرٌ ۖ وَّمَا مِنْ اِلٰهٍ اِلَّا اللّٰهُ الْوَاحِدُ الْقَهَّارُ ﴿٦٦﴾

৬৬। হায়য়ু ঃ "ঐদি তশেংবমক চেকশনহন্নবগী পাওমেনবা মীনি; অমসুং (ঐনা লাউথোকলি মদুদি) চীঙু লাই কনামতা লৈতে অল্লাহ নত্তবা, মহাক্তি একা মথন্তনি, লাকহৎপা ওম্বনি (পুম্নমকবু):

رَبُّ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ وَمَا بَيْنَهُمَا الْعَزِيْزُ الْغَفَّارُ ﴿٦٧﴾

৬৭। "মপুনি স্বর্গগী অমসুং পৃথিবীগী অমসুং অনিগী মরক্তা লৈবা পুম্নমক্কী, পাঙ্গলবনি, য়োনজ-কোকপিহৈবনি।"

قُلْ هُوَ نَبَؤٌا عَظِيْمٌ ﴿٦٨﴾

৬৮। হায়য়ু ঃ "মসি অচৌবা পাওজেন্নি,

اَنْتُمْ عَنْهُ مُعْرِضُوْنَ ﴿٦٩﴾

৬৯। "মসিদগী নখোই নমায় ওথোকলি।

مَا كَانَ لِيَ مِنْ عِلْمٍ بِالْمَلَاِ الْاَعْلٰٓى اِذْ يَخْتَصِمُوْنَ ﴿٧٠﴾

৭০। "ঐ করিমতা খঙদে অচৌবা সভানা চীন্দান্নখিবগী মরমদা।

إِن يُوحَىٰٓ إِلَيَّ إِلَّآ أَنَّمَآ أَنَا۠ نَذِيرٌ مُّبِينٌ ۝٧٠

৭১। "ঐঙোন্দা অসিতমক ফোংদোকপিগ্নে মদুদি ঐ ইচম-চম্না চেকশনহন্নবগী পাওমেনবা মী অমনি।"

إِذْ قَالَ رَبُّكَ لِلْمَلَٰٓئِكَةِ إِنِّى خَٰلِقٌۢ بَشَرًا مِّن طِينٍ ۝٧١

৭২ (নীংশিঙঙু) নংগী মপুনা হায়বিখিবদা স্বর্গ দূতশিংদাঃ "ঐনা শেম-শাবিগদৌরি তাইবঙ মী অমা লৈখোমদগী।

فَإِذَا سَوَّيْتُهُۥ وَنَفَخْتُ فِيهِ مِن رُّوحِى فَقَعُوا۟ لَهُۥ سَٰجِدِينَ ۝٧٢

৭৩। "মরমদুনা ঐনা মীতমদুনা (পুরা) শেমলবা মতমদা মহাকপু অমসুং কামশল্লবদা মঙোন্দা ঐগী থরাই, নখোই কৎলু মঙোন্দা ব্যবহার ঈকাই-খুম্নবগী মশক ওইনা।"

فَسَجَدَ ٱلْمَلَٰٓئِكَةُ كُلُّهُمْ أَجْمَعُونَ ۝٧٣

৭৪। মরমদুনা স্বর্গ দূতশিংনা কৎখি ব্যবহার, মখোই পুম্নমক পুল্লপ্লা;

إِلَّآ إِبْلِيسَ ٱسْتَكْبَرَ وَكَانَ مِنَ ٱلْكَٰفِرِينَ ۝٧٤

৭৫। তৌইগুম্বসুং 'ইবলিস' না (তৌখিদে মদু)। মহাক পোংথোক চাউথোকখি অমসুং ওইখি (অমা) নিন্দা তৌদুনতা লৈবশিংগী।

قَالَ يَٰٓإِبْلِيسُ مَا مَنَعَكَ أَن تَسْجُدَ لِمَا خَلَقْتُ بِيَدَىَّ ۖ أَسْتَكْبَرْتَ أَمْ كُنتَ مِنَ ٱلْعَالِينَ ۝٧٥

৭৬। অল্লাহনা হায়বিখিঃ "হে ইবলিস! করিনা থিংখিবগে নংবু ব্যবহার কৎপা ঐগী ইখুৎনা শেম-শাখিবা (তাইবঙ মী)দা? নংবু অথোই-নাপন্নরিব্রা নত্ত্রগা নংবু অরাংবা থাক্কী শালাইনি হায়রিব্রা?"

قَالَ أَنَا۠ خَيْرٌ مِّنْهُ ۖ خَلَقْتَنِى مِن نَّارٍ وَخَلَقْتَهُۥ مِن طِينٍ ۝٧٦

৭৭। মহাকনা পাওখুমখিঃ "ঐনা ফবা হেল্লি মঙোন্দগী। নহাকনা শেম্বিখি ঐবু মৈদগী, তৌইগুম্বসুং মহাকপুদি নহাকনা শেম্বিখি লৈখোমদগী।"

قَالَ فَٱخْرُجْ مِنْهَا فَإِنَّكَ رَجِيمٌ ۝٧٧

৭৮। অল্লাহনা হায়বিখিঃ "অদু ওইরবদি, চৎখ্রো মফম অসিদগী, মরমদি নংবু তশেংবমক তাথোকপিরবনি;

وَإِنَّ عَلَيْكَ لَعْنَتِىٓ إِلَىٰ يَوْمِ ٱلدِّينِ ۝٧٨

৭৯। "অদুগা তশেংনমক ঐগী সিরাপনি নংগী নথক্তা ৱায়েল বিচারগী নুমিৎ য়ৌবফাওবা।"

قَالَ رَبِّ فَأَنظِرْنِىٓ إِلَىٰ يَوْمِ يُبْعَثُونَ ۝٧٩

৮০। মহাকনা হায়খিঃ "ঐগী মপুও! মতম য়েথোকপিয়ু ঐঙোন্দা (মী) মখোইবু শিবদগী অমুক হিংগৎহনবিগদবা নুমিৎ য়ৌবফাওবা।"

৮১। অল্লাহনা হায়বিখিঃ "তশেংবমক নংসু য়াওরবনি মতম য়ৈথোকপিগ্রবশিংগী মরক্তা,

قَالَ فَإِنَّكَ مِنَ الْمُنظَرِينَ ﴿٨١﴾

৮২। "য়ৌবফাওবা নুমিৎদু লেপখিবা মতমগী।"

إِلَىٰ يَوْمِ الْوَقْتِ الْمَعْلُومِ ﴿٨٢﴾

৮৩। মহাকনা হায়খিঃ "মরমদুনা নহাক্কী শক্তিগী কসম তৌজরি, ঐনা শোয়দনমক চিংবিগনি মখোই পুম্নমকবু ওক্তবা লম্বীদা,

قَالَ فَبِعِزَّتِكَ لَأُغْوِيَنَّهُمْ أَجْمَعِينَ ﴿٨٣﴾

৮৪। "নত্তনা নহাক্কী অখন্নবা ননাইশিংবু মখোইগী মরক্তগী।"

إِلَّا عِبَادَكَ مِنْهُمُ الْمُخْلَصِينَ ﴿٨٤﴾

৮৫। অল্লাহনা হায়বিখিঃ "অদুনা অচুম্বনি অমসুং ঐনা অচুম্বা হায়রিবনি ঃ

قَالَ فَالْحَقُّ وَالْحَقَّ أَقُولُ ﴿٨٥﴾

৮৬। "মদুদি ঐনা থনহনবিগনি যম লৈবাকসি নং অমসুং নংগী নতুং ইনবশিংনা মখোইগী মরক্তগী পুল্লপ পুন্না।"

لَأَمْلَأَنَّ جَهَنَّمَ مِنكَ وَمِمَّن تَبِعَكَ مِنْهُمْ أَجْمَعِينَ ﴿٨٦﴾

৮৭। হায়য়ু ঃ "ঐনা হায়দে নখোইদা অরামল পীয়ু (ঐনা ধর্ম্ম পাওজেন শন্দোকপা) অসিগী নত্তগা ঐ নত্তে (অমা) শাশন্নবা (মী) মখোইদুগী।

قُلْ مَا أَسْأَلُكُمْ عَلَيْهِ مِنْ أَجْرٍ وَمَا أَنَا مِنَ الْمُتَكَلِّفِينَ ﴿٨٧﴾

৮৮। "(কুরআন) অসি করিসু নত্তে নীংশিঙহল্লিবা পোৎ অমা নত্তনা মীওইবা পুম্নমক্তা ;

إِنْ هُوَ إِلَّا ذِكْرٌ لِّلْعَالَمِينَ ﴿٨٨﴾

৮৯। "অমসুং নখোই শোয়দনমক খঙলক্কনি (অচুম্বা) মদুগী মরমদা মতম খরগী মতুংদা।"

وَلَتَعْلَمُنَّ نَبَأَهُ بَعْدَ حِينٍ ﴿٨٩﴾

# سُوْرَةُ الزُّمَرِ مَكِّيَّةٌ (٣٩)

সূরহ ৩৯ তাল- জুমর

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৭৬ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। কিতাব অসি ফোংদোকপিখি অল্লাহদগী, (মহাক্তি) পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

تَنْزِيْلُ الْكِتٰبِ مِنَ اللّٰهِ الْعَزِيْزِ الْحَكِيْمِ ②

৩। তশেংবমক ঐখোইনা ফোংদোকপিখি কিতাবসি নংঙোন্দা অচুম্বগা লোয়ননা ; মরমদুনা খুরুম-খাজংঙু অল্লাহবু, পুকচেন তিংনা হায়বা ইন্দুনা মঙোন্দা।

اِنَّآ اَنْزَلْنَآ اِلَيْكَ الْكِتٰبَ بِالْحَقِّ فَاعْبُدِ اللّٰهَ مُخْلِصًا لَّهُ الدِّيْنَ ③

৪। য়েংউ! পুকচেন তিংনা হায়বা ইনফম থোকই অল্লাহ (ত)দা। অদুগা অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা মরূপনবা অতৈ অতোপ্পবু য়োকখৎ-শৌগৎপিবা ওইনা অল্লাহদগী হেন্দোক্লা (মখোইনা হায়): "ঐখোইনা থৌগলজে মখোইবু অদুনা মখোইনা পুশিনবিনবা ঐখোইবু অল্লাহগী মনাক্তা।" তশেংবমক, অল্লাহনা বিচার রাথিবিগনি মখোইনা য়ানরমদবা রাফমদু। তশেংবমক, অল্লাহনা লমজিংবিদে তৌবিমল খঙদবা মীনমজাও মহাকপু।

اَلَا لِلّٰهِ الدِّيْنُ الْخَالِصُ ۚ وَالَّذِيْنَ اتَّخَذُوْا مِنْ دُوْنِهٖٓ اَوْلِيَآءَ ۘ مَا نَعْبُدُهُمْ اِلَّا لِيُقَرِّبُوْنَآ اِلَى اللّٰهِ زُلْفٰى ۗ اِنَّ اللّٰهَ يَحْكُمُ بَيْنَهُمْ فِيْ مَا هُمْ فِيْهِ يَخْتَلِفُوْنَ ۗ اِنَّ اللّٰهَ لَا يَهْدِيْ مَنْ هُوَ كٰذِبٌ كَفَّارٌ ④

৫। অল্লাহনা করিগুম্বা পামলমলবদি মচানিপা অমা লৈবা, মহাকনা খল্লমগনি মহাকনা অপাম্বা অমবু মহাকনা শেম-শাখিবশিংগী মরক্তগী। অশেংবনি মহাক্তি! মহাক অল্লাহনি, একা মথন্তনি, লাকহৎপা ঙম্বনি (পুম্নমকবু)।

لَوْ اَرَادَ اللّٰهُ اَنْ يَّتَّخِذَ وَلَدًا لَّاصْطَفٰى مِمَّا يَخْلُقُ مَا يَشَآءُ ۙ سُبْحٰنَهٗ ۗ هُوَ اللّٰهُ الْوَاحِدُ الْقَهَّارُ ⑤

৬। মহাকনা শেমখি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীবু অচুম্বগা লোয়ননা। মহাকনা কুপশনহল্লি অহিংনা নুংথিলবু অমসুং মহাকনা কুপশনহল্লি নুংথিলনা অহিংবু; অমসুং মহাকনা নমদুনা তৌহল্লি নুমিৎ অমসুং থাবু (মখোইগী) থবকশিং ; মখোই খুদিংনা চৎলি মাগী মাগী লম্বী অকক্লবা মতম অমা ফাওবা। য়েংউ!

خَلَقَ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضَ بِالْحَقِّ ۚ يُكَوِّرُ الَّيْلَ عَلَى النَّهَارِ وَيُكَوِّرُ النَّهَارَ عَلَى الَّيْلِ وَسَخَّرَ الشَّمْسَ وَالْقَمَرَ ۗ كُلٌّ يَّجْرِيْ لِاَجَلٍ مُّسَمًّى ۗ اَلَا هُوَ الْعَزِيْزُ

الْغَفَّارُ ⑤

মহাক্তি পাঙ্গলবনি, য়োনস্ত-কোকপিহৈবনি।

خَلَقَكُم مِّن نَّفْسٍ وَاحِدَةٍ ثُمَّ جَعَلَ مِنْهَا زَوْجَهَا وَأَنزَلَ لَكُم مِّنَ الْأَنْعَامِ ثَمَانِيَةَ أَزْوَاجٍ ۚ يَخْلُقُكُمْ فِي بُطُونِ أُمَّهَاتِكُمْ خَلْقًا مِّن بَعْدِ خَلْقٍ فِي ظُلُمَاتٍ ثَلَاثٍ ۚ ذَٰلِكُمُ اللَّهُ رَبُّكُمْ لَهُ الْمُلْكُ ۖ لَا إِلَٰهَ إِلَّا هُوَ ۖ فَأَنَّىٰ تُصْرَفُونَ ⑥

৭। মহাকনা শেমখি নখোইবু মী অমতদগী, অদুগী তুংদা (মাবু শেমখিবা মচাক) অদুদগী মহাকনা শেমখি মাগী লোয়নবা মপিজা; অদুগা মহাকনা থাবিরকখি নখোইগীদমক্তা (য়াম্না কান্নবা) শত্তিক চাবা যুমশা মশিং নিপান জোরা ওইনা। মহাকনা শেমখি নখোইবু পল্লেম নমাশিংগী গর্ভনুংদা তোঙান-তোঙানবা ফিবমদা অমম্বা মখল অহুমগী পর্দানুংদা। অল্লাহসে নখোইগী মপুনি, মহাক্কী শাসননি। মহাক নত্তবা চীঙু লাই কনামতা লৈতে; মরমদুনা করম্না নখোই নমায় ওথোকলিবা (মহাকপু থৌগাল তৌবদগী) ?

إِن تَكْفُرُوا فَإِنَّ اللَّهَ غَنِيٌّ عَنكُمْ ۖ وَلَا يَرْضَىٰ لِعِبَادِهِ الْكُفْرَ ۖ وَإِن تَشْكُرُوا يَرْضَهُ لَكُمْ ۗ وَلَا تَزِرُ وَازِرَةٌ وِزْرَ أُخْرَىٰ ۗ ثُمَّ إِلَىٰ رَبِّكُم مَّرْجِعُكُمْ فَيُنَبِّئُكُم بِمَا كُنتُمْ تَعْمَلُونَ ۚ إِنَّهُ عَلِيمٌ بِذَاتِ الصُّدُورِ ⑦

৮। নখোইনা তৌবিমল খঙদ্রবদি, তশেংবমক অল্লাহনা করিসু পররা তৌদে নখোইবু। তৌইগুম্বসুং মহাকনা পামদে মহাক্কী মনাইশিংনা তৌবিমল খঙদবসি। নখোইনা তৌবিমল খঙলবদি, মহাকনা পেনবি নখোইবু। অদুগা (মশাগী দায়ী) কোকথোং পুবা কনামতনা পুবিরোই কোকথোং অতোপ্পা কনামতগী। (তাইবঙ পুন্সি) অসিগী মতুংদা নখোই হনজনগনি নখোইগী মপুদা অমসুং মহাকনা খঙহনবিগনি নখোইবু নখোইনা তৌরম্বাপুম্বা। তশেংবমক, মহাকনা খঙই (মীগী) থবাক মনুংদা লৈবা পুম্নমক।

وَإِذَا مَسَّ الْإِنسَانَ ضُرٌّ دَعَا رَبَّهُ مُنِيبًا إِلَيْهِ ثُمَّ إِذَا خَوَّلَهُ نِعْمَةً مِّنْهُ نَسِيَ مَا كَانَ يَدْعُو إِلَيْهِ مِن قَبْلُ وَجَعَلَ لِلَّهِ أَندَادًا لِّيُضِلَّ عَن

৯। করিগুম্বা অরা-অনংবনা লাঙ্গোয় চল্লবা মতমদা মী অমবু, মহাকনা কৌজে মহাক্কী মপুবু, মপুকনিং (পুম্বা) ওনশন্দুনা মঙোন্দা। অদুগী তুংদা, মহাকনা পীবিরবদা মাবু মহাক্কী থৌজাল অমা, মানা কাওথোকই মানা হান্না কৌজখিবদু (অরাবদু লৌথোকপিনবগী), অমসুং হৌই থংজনবা লাম্বাশিং অল্লাহদা, অদুনা মানা লম শেরান্নবা চিংবিনবা (মীশিংবু) মহাক্কী (অচুম্বা) লম্বীদগী। হায়য়ু (অসিগুম্বা মীওইদা)ঃ

سَبِيلِهِ ۚ قُلْ تَمَتَّعْ بِكُفْرِكَ قَلِيلًا ۖ إِنَّكَ مِنْ أَصْحٰبِ النَّارِ ﴿٩﴾

"নুংঙাইজহৌ নংগী অচুম্বা থাজদবদা মতম খরদং (হিংলিঙেদা) ; নং শোয়দনমক ওইগনি (অমা) খাম্বি মৈগী মরূপশিংগী।

أَمَّنْ هُوَ قٰنِتٌ ءَانَاءَ الَّيْلِ سَاجِدًا وَقَائِمًا يَحْذَرُ الْءَاخِرَةَ وَيَرْجُوا رَحْمَةَ رَبِّهِ ۗ قُلْ هَلْ يَسْتَوِي الَّذِينَ يَعْلَمُونَ وَالَّذِينَ لَا يَعْلَمُونَ ۗ إِنَّمَا يَتَذَكَّرُ أُولُوا الْأَلْبٰبِ ﴿١٠﴾

১০। অহিংগী (তোঙান-তোঙানবা) মতমদা লৈবাকদা খুরু খুদক কুপ্থদুনা অমসুং লেপ্তুনা খুরুম্বা, আখেরতবু কিজবা অমসুং আশা তৌজবা মহাক্কী মপুগী থৌজালগী মহাক অদুগা (মান্নব্রা হায়বা ইন্দবা নিন্দা তৌদুনতা লৈবা মীগা)? হায়য়ু ঃ "মান্নব্রা অখঙবগা অমসুং খঙদবগা?" তশেংবমক, জ্ঞান চৈরোইনবশিংতনা ব্রাখল তৌগনি (ব্রাফম অসি)।

২ শুবা রুকূ

قُلْ يٰعِبَادِ الَّذِينَ ءَامَنُوا اتَّقُوا رَبَّكُمْ ۚ لِلَّذِينَ أَحْسَنُوا فِي هٰذِهِ الدُّنْيَا حَسَنَةٌ ۗ وَأَرْضُ اللَّهِ وٰسِعَةٌ ۗ إِنَّمَا يُوَفَّى الصّٰبِرُونَ أَجْرَهُمْ بِغَيْرِ حِسَابٍ ﴿١١﴾

১১। হায়য়ু ঃ "হে ঐগী ইনাইশিং অচুম্বা থাজব্রবা! কিয়ু নখোইগী মপুবু। অফবা লম্বীনবশিংগী অফবা (ফংনিঙঙাই)নি তাইবঙপান অসিদা। অদুগা অল্লাহগী পৃথিবীসে পাক-চাওক্লে। তশেংবমক, অখাংকনবশিং ফংগনি মনা-মথিন অবার অমা।"

قُلْ إِنِّي أُمِرْتُ أَنْ أَعْبُدَ اللَّهَ مُخْلِصًا لَهُ الدِّينَ ﴿١٢﴾

১২। হায়য়ু ঃ "তশেংবমক, ঐবু য়াথংনবিখ্রে অল্লাহগী থৌগল তৌ, পুকচেন শেংনা হায়বা ইন্দুনা মঙোন্দা ;

وَأُمِرْتُ لِأَنْ أَكُونَ أَوَّلَ الْمُسْلِمِينَ ﴿١٣﴾

১৩। অমসুং ঐবু য়াথংনবিখ্রে ওইয়ু হায়না অহানবা চঙজবশিংগী (অল্লাহগী ব্রায়েলদা)।"

قُلْ إِنِّي أَخَافُ إِنْ عَصَيْتُ رَبِّي عَذَابَ يَوْمٍ عَظِيمٍ ﴿١٤﴾

১৪। হায়য়ু (মথংদা) ঃ "তশেংবমক ঐনা কিজে, ঐনা য়াথং হীকতোকলবদি ঐগী মপুগী, ব্রায়েল-চৈরাক (ফংগদ্রা হায়না) অচৌবা নুমিৎ অমগী।"

قُلِ اللَّهَ أَعْبُدُ مُخْلِصًا لَهُ دِينِي ﴿١٥﴾

১৫। হায়য়ু (অমুকহন্না) ঃ "ঐনা থৌগলজে অল্লাহবু, পুকচেন শেংনা হায়বা ইন্দুনা মঙোন্দা ;

فَاعْبُدُوا مَا شِئْتُمْ مِنْ دُونِهِ ۗ قُلْ إِنَّ الْخٰسِرِينَ الَّذِينَ خَسِرُوا أَنْفُسَهُمْ وَأَهْلِيهِمْ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ

১৬। "মরমদুনা নখোই থৌগল তৌ নখোইনা অপাম্বা মহাক নত্তবগী (অমসুং ফংউ মহে নখোইনা তৌবগী)।" হায়য়ু (অরোয়বা ওইনা) ঃ "তশেংবমক অমাঙবদি মখোই অদুনি মখোইনা

মাঙহনজে মখোইগী মথৱাইশিংবু অমসুং (মাঙহনজে) মখোইগী ইমুংগী মীশিংবু শিবদগী অমুক হিংগৎ-হনবিগদবা নুমিত্তা।'' য়েংউ! মসি তশেং-তশেংবা অমাঙবনি।

أَلَا ذَٰلِكَ هُوَ الْخُسْرَانُ الْمُبِينُ ﴿١٥﴾

১৭। মখোইগী মথক্তা লৈগনি মৈগী থৈজুপ অমসুং মখোইগী মখাদা (মদুগী) ফিদা (অদুনা মখোইবু শুপয়োম-য়োমশনবিনবা)। মসিনা অল্লাহনা চেকশন্নবা হায়বিরি মহাক্কী মনাইশিংবু। ''হে ঐগী ইনাইশিং! মরমদুনা কিয়ু ঐবু।''

لَهُم مِّن فَوْقِهِمْ ظُلَلٌ مِّنَ النَّارِ وَمِن تَحْتِهِمْ ظُلَلٌ ۚ ذَٰلِكَ يُخَوِّفُ اللَّهُ بِهِ عِبَادَهُ ۚ يَا عِبَادِ فَاتَّقُونِ ﴿١٦﴾

১৮। অদুগা অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা থাদোকপা অরানবা লাইশিংবু পুজা তৌবা অমসুং মপুকনিং (শেংনা) ওনশনবা অল্লাহদা— মখোইগীদমক হরাওবা পাওজেন্নি। মরমদুনা থুংঙু হরাওবা পাওজেন ঐগী ইনাইশিংদা,

وَالَّذِينَ اجْتَنَبُوا الطَّاغُوتَ أَن يَعْبُدُوهَا وَأَنَابُوا إِلَى اللَّهِ لَهُمُ الْبُشْرَىٰ ۚ فَبَشِّرْ عِبَادِ ﴿١٧﴾

১৯। মখোইনা (মনাকোংশিং থিংজিন্দুনা) তাই (অল্লাহগী) ৱাহৈদা অমসুং তুংইল্লি খুাইদগী হেন্না ফবা শরুক মদুগী। মখোই অসিবুনি অল্লাহনা লমজিংবিখ্রবা অমসুং মখোইসি জ্ঞান চৈরোইনবা মীশিংনি।

الَّذِينَ يَسْتَمِعُونَ الْقَوْلَ فَيَتَّبِعُونَ أَحْسَنَهُ ۚ أُولَٰئِكَ الَّذِينَ هَدَاهُمُ اللَّهُ ۖ وَأُولَٰئِكَ هُمْ أُولُو الْأَلْبَابِ ﴿١٨﴾

২০। ৱায়েল চৈরাক্কী হুকুম পীফম থোকলবা মহাকদু (কনবীবদা মতিক চাব্রা)? নংনা কনবা ঙমগদ্রা মৈনুংদা লৈখ্রবা মহাকপু?

أَفَمَنْ حَقَّ عَلَيْهِ كَلِمَةُ الْعَذَابِ أَفَأَنتَ تُنقِذُ مَن فِي النَّارِ ﴿١٩﴾

২১। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা কিনা তৌজরম্বা মখোইগী মপুবু, মখোইগীদমক্তি শাদুনা লৈ, অরাংবা মহলশিংগী মথক্তা অরাংবা মহলশিং, মদুগী মখাদা তুরেলশিং ঈচেল্লি। (মসি) অল্লাহগী ৱাশকনি। অল্লাহনা কদৌঙৈদসু থুগায়বিদে (মহাক্কী) ৱাশক।

لَٰكِنِ الَّذِينَ اتَّقَوْا رَبَّهُمْ لَهُمْ غُرَفٌ مِّن فَوْقِهَا غُرَفٌ مَّبْنِيَّةٌ تَجْرِي مِن تَحْتِهَا الْأَنْهَارُ ۖ وَعْدَ اللَّهِ ۖ لَا يُخْلِفُ اللَّهُ الْمِيعَادَ ﴿٢٠﴾

২২। (হে মুহম্মদ!) নং উদব্রা অল্লাহনা চুহল্লি নোং-ঈশিং কোরৌ নোংমদোলদগী, অমসুং চেনহল্লি মদু তুরেল ওইনা মালেমথক্তা অমসুং

أَلَمْ تَرَ أَنَّ اللَّهَ أَنزَلَ مِنَ السَّمَاءِ مَاءً فَسَلَكَهُ يَنَابِيعَ فِي الْأَرْضِ ثُمَّ يُخْرِجُ بِهِ زَرْعًا مُّخْتَلِفًا

اَلْوَانُهٗ ثُمَّ يَهِيْجُ فَتَرٰىهُ مُصْفَرًّا ثُمَّ يَجْعَلُهٗ حُطٰمًا ؕ اِنَّ فِیْ ذٰلِكَ لَذِكْرٰى لِاُولِی الْاَلْبَابِ ﴿۲۱﴾

মদুগী মতেংনা মহাকনা থোকহল্লি মনা-মশিং মচু মখল-মখলগী? অদুগী তুংদা মদু কংশল্লকই অমসুং নংনা উই মদু নাপু মচু মাল্লকপা; অদুগী তুংদা মহাকনা মচেৎ মচেৎ কায়হল্লি মদু। তশেংবমক, মসিদা লৈরে পাওতাক অমা জ্ঞান চৈরোইনবশিংগীদমক।

৩ শুবা রুকূ

اَفَمَنْ شَرَحَ اللّٰهُ صَدْرَهٗ لِلْاِسْلَامِ فَهُوَ عَلٰى نُوْرٍ مِّنْ رَّبِّهٖ ؕ فَوَیْلٌ لِّلْقٰسِیَةِ قُلُوْبُهُمْ مِّنْ ذِكْرِ اللّٰهِ ؕ اُولٰٓئِكَ فِیْ ضَلٰلٍ مُّبِیْنٍ ﴿۲۲﴾

২৩। অদুগুম্বা মীতা মহাক্কী মথবাক অল্লাহনা হাংদোকপিখ্রবা ইসলাম (য়ানব)গী দমক, অদুনা মহাকনা মঙাল ফংখ্রবা মহাক্কী মপুদগী (মহাক্কা মান্নবা মথম্মোই মমশিনখ্রবা অমম্বদা মাদুনা লৈবা অমগা)? মরমদুনা অরাবগী মশকনি অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইগী মথম্মোইশিং কনশনখ্রবা (অমসুং খুজনখ্রবা) অল্লাহবু নীংশিঙবদগী। মখোইদু তশেং-তশেংনা ফৈরেংনখ্রবনি।

اَللّٰهُ نَزَّلَ اَحْسَنَ الْحَدِیْثِ كِتٰبًا مُّتَشَابِهًا مَّثَانِیَ ۖۗ تَقْشَعِرُّ مِنْهُ جُلُوْدُ الَّذِیْنَ یَخْشَوْنَ رَبَّهُمْ ۚ ثُمَّ تَلِیْنُ جُلُوْدُهُمْ وَ قُلُوْبُهُمْ اِلٰى ذِكْرِ اللّٰهِ ؕ ذٰلِكَ هُدَى اللّٰهِ یَهْدِیْ بِهٖ مَنْ یَّشَآءُ ؕ وَ مَنْ یُّضْلِلِ اللّٰهُ فَمَا لَهٗ مِنْ هَادٍ ﴿۲۳﴾

২৪। অল্লাহনা (হৌজিক) থাবিরকখ্রে খ্বাইদগী হেন্না ফবা পাওজেন মওংদা কিতাব অম (গী মদুগী শ্লোকশিং) অমগা অমগা শৌগৎনৈ (অমসুং) হনজন-হনজন হায় (তোঙান-তোঙানবা মওংশিংদা) মদুদা মখোইগী মপুবু কিজবা মীওইশিংগী মউনশিং কুশিল্লি (তুজুং মিপাইদুনা); মখোইগী মথম্মোইশিং থোৎথরকই অল্লাহবু নীংশিঙজবদা। অসিগুম্বনি অল্লাহগী লমজিং; মহাকনা লমজিংবি মদুগা লোয়ননা মহাকনা অপাম্বা (মতিক চাবশিং)বু। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা রা লেপ্পিখ্রবা মহাকদু লম্মুক্লবনি হায়না (মশানা নিংঙাইজাও ওইবদগী), মহাক্কী লৈররোই লমজিংবিনবা কনামতা।

اَفَمَنْ یَّتَّقِیْ بِوَجْهِهٖ سُوْٓءَ الْعَذَابِ یَوْمَ الْقِیٰمَةِ ؕ وَ قِیْلَ لِلظّٰلِمِیْنَ ذُوْقُوْا مَا كُنْتُمْ تَكْسِبُوْنَ ﴿۲۴﴾

২৫। অদুগুম্বা মীওই মহাক্কী করিসু লৈজদবা চেংলৌ মমায় নত্তনা মশা কল্লবগী ফত্তবা রায়েল-চৈরাকদগী শিবদগী অমুক হিংগৎহনবা নুমিত্তা (মান্নবা খুদোংথীবা লৈতবা অমগা)? অদুগা ফত্তরম লম্বীনবশিংদা হায়বিগনি ; তংঙু মহাউ নখোইনা নশিঞ্জাং ওইনা তৌরম্বা অদুগী।"

كَذَّبَ الَّذِيْنَ مِنْ قَبْلِهِمْ فَاَتٰىهُمُ الْعَذَابُ مِنْ حَيْثُ لَا يَشْعُرُوْنَ ⑳

২৬। মখোইগী মমাংদা লৈরম্বশিংদুনা য়াখিদে (মখোইগী ধর্ম্ম পাওতাকপশিংবু), মরমদুনা রায়েল-চৈরাক লাকখি মখোইগী মথক্তা মখোইনা খঙহৌদবদা।

فَاَذَاقَهُمُ اللّٰهُ الْخِزْىَ فِى الْحَيٰوةِ الدُّنْيَا ۚ وَلَعَذَابُ الْاٰخِرَةِ اَكْبَرُ ۘ لَوْ كَانُوْا يَعْلَمُوْنَ ⑳

২৭। মরমদুনা অল্লাহনা তংহনবিখ্রে মহাউ মখোইবু ঈকাইবা তাইবঙ-পুন্সি খোঙফমদা; তৌইগুম্বসুং আখেরতকী রায়েল-চৈরাকনা চাওবা হেল্লি, মখোইনা করিগুম্বা খঙলমলবদি।

وَلَقَدْ ضَرَبْنَا لِلنَّاسِ فِىْ هٰذَا الْقُرْاٰنِ مِنْ كُلِّ مَثَلٍ لَّعَلَّهُمْ يَتَذَكَّرُوْنَ ⑳

২৮। অদুগা, তশেংবমক, ঐখোইনা পুথোকপিখ্রে মীওইবশিংগী (ভাব তানবগী) দমক কুরআন অসিদা মান্নবা মতৌশিং উৎপা পান্দম মখল কয়া অদুনা মখোইনা রাখল তৌজনবা।

قُرْاٰنًا عَرَبِيًّا غَيْرَ ذِىْ عِوَجٍ لَّعَلَّهُمْ يَتَّقُوْنَ ⑳

২৯। (ঐখোইনা থাবিখি) কুরআনসে অরবী (লোল)দা—মসিদা য়াওদে অপেবা (নত্তুগা চনৈনবা) করিমতা, অদুনা মখোইনা ঙাকচনবা মশাবু ফত্তবদগী (মানা তম্বিবশিং চপচানা ইন্দুনা)।

ضَرَبَ اللّٰهُ مَثَلًا رَّجُلًا فِيْهِ شُرَكَآءُ مُتَشٰكِسُوْنَ وَرَجُلًا سَلَمًا لِّرَجُلٍ ۗ هَلْ يَسْتَوِيٰنِ مَثَلًا ۗ اَلْحَمْدُ لِلّٰهِ ۚ بَلْ اَكْثَرُهُمْ لَا يَعْلَمُوْنَ ⑳

৩০। অল্লাহনা পুথোকপিরি পান্দম অমা: মী অমগী লৈ শরুক য়াম্নিবা ময়াম, অমগা অমগা রাখল মান্নদে, অমসুং মী অমা মহাক নিপা অমতগী (মনাই) ওই। অনিদু মান্নরা ফিবমদা? থাগৎচরিবা পুম্নমক অল্লাহবুনি! তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা খঙদে।

اِنَّكَ مَيِّتٌ وَّاِنَّهُمْ مَّيِّتُوْنَ ⑳

৩১। নং শোয়দনমক খম্নুং শরা তানগনি (নোংমা নুমিত্তা) অমসুং মখোই (সু) শোয়দনমক খম্নুং শরা তানগনি।

ثُمَّ اِنَّكُمْ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ عِنْدَ رَبِّكُمْ تَخْتَصِمُوْنَ ⑳

৩২। অদুগী তুংদা শিবদগী অমুক হিংগৎহনবিগদবা নুমিত্তা নখোই চীন্দান্নগনি অমগা অমগা নখোইগী মপুগী মমাংদা।

৪ শুবা রুকূ

৩৩। কনানো মঙোন্দগী হেন্না চুমদবা: মহাকনা ঙাঙ-শকই মীনম্বা অল্লাহগী মায়োক্তা অমসুং

فَمَنْ اَظْلَمُ مِمَّنْ كَذَبَ عَلَى اللّٰهِ وَكَذَّبَ

মহাকনা য়াদে অচুম্বদু মদু লাকপা মতমদা মঙোন্দা ? লৈতবরা যম লৈবাক্তা লৈফম অচুম্বা থাজদবশিংগী ?

بِالصِّدْقِ إِذْ جَاءَهُ ۚ أَلَيْسَ فِي جَهَنَّمَ مَثْوًى لِّلْكَافِرِينَ ﴿٣٢﴾

৩৪। তৌইগুম্বসুং অচুম্বা পুরকখিবা মী অমসুং মদুবু সাক্ষী পীদুনা প্রমাণ পীবা—মখোইসি ধর্ম্ম ফম্বৈনবশিংনি।

وَالَّذِي جَاءَ بِالصِّدْقِ وَصَدَّقَ بِهِ ۙ أُولَٰئِكَ هُمُ الْمُتَّقُونَ ﴿٣٣﴾

৩৫। মখোই ফংগনি মখোইগী মপুগী মনাক্তা মখোইনা অপাম্বামখে। মদু মনা-মথিন্নি (মীঙোন্দা) অফবা খানবশিংগী ;

لَهُم مَّا يَشَاءُونَ عِندَ رَبِّهِمْ ۚ ذَٰلِكَ جَزَاءُ الْمُحْسِنِينَ ﴿٣٤﴾

৩৬। অদুনা অল্লাহনা লৌথোকপিগনি মখোইদগী ফত্তবশিং মখোইনা তৌখিবগী, অমসুং পীবিগনি মখোইদা মনা-মথিন মখোইগী অফবা থবকশিং মখোইনা তৌখিবগী।

لِيُكَفِّرَ اللَّهُ عَنْهُمْ أَسْوَأَ الَّذِي عَمِلُوا وَيَجْزِيَهُمْ أَجْرَهُم بِأَحْسَنِ الَّذِي كَانُوا يَعْمَلُونَ ﴿٣٥﴾

৩৭। অল্লাহনা ওক্তব্রা মহাক্কী মনাইগীদমক ? অদুগা (ফত্তবা থিগনবশিং) মখোইনা হোৎনৈ কিহনগদৌবগী নংবু অল্লাহ নত্তবা (মখোইনা থৌগলজরিবা খোয়মলাই) শিংগা লোয়ননা। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা রা লেপ্পিগ্রবা মহাকদু লম্মুকক্ববনি হায়না (মশানা নিংঙাইজাও ওইবদগী), মহাক্কী লৈররোই লমজিংবিনবা কনামতা।

أَلَيْسَ اللَّهُ بِكَافٍ عَبْدَهُ ۖ وَيُخَوِّفُونَكَ بِالَّذِينَ مِن دُونِهِ ۚ وَمَن يُضْلِلِ اللَّهُ فَمَا لَهُ مِنْ هَادٍ ﴿٣٦﴾

৩৮। অদুগা অল্লাহনা লমজিংবিখ্রবা মহাকদু, লৈতে কনামতা লম্মুকহনবিগদবা মহাকপু। নত্তব্রা অল্লাহসে পাঙ্গলবা, মপুনি লমন খুম্বিহৈবা (ফত্তরম লম্বীনবশিংদা) :

وَمَن يَهْدِ اللَّهُ فَمَا لَهُ مِن مُّضِلٍّ ۗ أَلَيْسَ اللَّهُ بِعَزِيزٍ ذِي انتِقَامٍ ﴿٣٧﴾

৩৯। অদুগা নংনা হংলবদি মখোইদা, "কনানা লৈশেম-নুংশেমখিবা স্বর্গ অমসুং পৃথিবী ?" মখোইনা শোয়দনমক পাওখুমগনি ঃ "অল্লাহ"না। হায়য়ু ঃ "নখোই করি খল্লি, অল্লাহনা তৌবিনীং-লবদি ঐঙোন্দা অমাঙ-অতা অমা, নখোইনা কৌজরিবা অল্লাহ নত্তবা মখোইদুনা ঙমগদ্রা লৌথোকপা অমাঙ-অতা পীখিবদু মহাকনা ?

وَلَئِن سَأَلْتَهُم مَّنْ خَلَقَ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضَ لَيَقُولُنَّ اللَّهُ ۚ قُلْ أَفَرَأَيْتُم مَّا تَدْعُونَ مِن دُونِ اللَّهِ إِنْ أَرَادَنِيَ اللَّهُ بِضُرٍّ هَلْ هُنَّ كَاشِفَاتُ

নত্তগা মহাকনা নীংলবদি থৌজাল তৌবিগে হায়না ঐঙোন্দা, মখোইনা ঙমগদ্রা থিংবা মহাক্কী থৌজাল ?" হায়যু ঃ "ঐগীদি ওকলে অল্লাহনা। মঙোন্দা আশা তৌজে (মহাকপু) আশা তৌবশিংনা।"

ضُرِّهِۦٓ أَوْ أَرَادَنِى بِرَحْمَةٍ هَلْ هُنَّ مُمْسِكَٰتُ رَحْمَتِهِۦ ۚ قُلْ حَسْبِىَ ٱللَّهُ ۖ عَلَيْهِ يَتَوَكَّلُ ٱلْمُتَوَكِّلُونَ ﴿٣٨﴾

৪০। হায়যু ঃ "হে ঐগী শীংলুপকী মীশিং! নখোইনা ঙম্বমখে তৌ, ঐসু (তৌফম থোকপা) তৌরি ; থুনমক নখোই খঙলগনি ঃ

قُلْ يَٰقَوْمِ ٱعْمَلُوا۟ عَلَىٰ مَكَانَتِكُمْ إِنِّى عَٰمِلٌ ۖ فَسَوْفَ تَعْلَمُونَ ﴿٣٩﴾

৪১। "কনাগী মথক্তা লাকপা রায়েল-চৈরাক ঈকাই ফিরুক খুমহনবগী মহাকপু অমসুং কনাগী মথক্তা তারকপা তুংকোইবা রায়েল-চৈরাক।"

مَن يَأْتِيهِ عَذَابٌ يُخْزِيهِ وَيَحِلُّ عَلَيْهِ عَذَابٌ مُّقِيمٌ ﴿٤٠﴾

৪২। তশেংবমক, ঐখোইনা থাবিখি নংঙোন্দা কিতাবদু অচুমবগা লোয়ননা (কান্নবগী) মীওইবশিংগীদমক্তা। মরমদুনা কনাগুম্বনা তুং-ইল্লবদি লমজিং, (তুংইল্লি মদু) মশাগী কান্নবগী-দমক ; অমসুং কনাগুম্বনা লম্মুক্লরবদি, মহাকনা লম্মুক্লজে মশাবু মাঙহনজনবগী। অদুগা নং চৌকিদার নত্তে মখোইগী মথক্তা।

إِنَّآ أَنزَلْنَا عَلَيْكَ ٱلْكِتَٰبَ لِلنَّاسِ بِٱلْحَقِّ ۖ فَمَنِ ٱهْتَدَىٰ فَلِنَفْسِهِۦ ۖ وَمَن ضَلَّ فَإِنَّمَا يَضِلُّ عَلَيْهَا ۖ وَمَآ أَنتَ عَلَيْهِم بِوَكِيلٍ ﴿٤١﴾

৫ শুবা রুকূ

৪৩। অল্লাহনা লৌই (মীশিংগী) থরাইশিং মখোইনা শিবা মতমদা ; অমসুং (হৌজিক ফাওবা) শিদবশিংগীনা, মখোইনা তুমলিঙৈ মতমদা। অদুনা মহাকনা পায়শন্দুনা থম্মি (থরাইশিং অদুগুম্বা মীওশিংগী) মখোইগী মথক্তা শিবগী হুকুম তৌখ্রবা অমসুং অমুকহন্না থাবিরকই অতে অতোপ্পা (থরাইশিং) শিবগী হুকুম তৌখিদরিবা। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদমশিং ধ্যান তৌবা মীশিংগীদমক।

ٱللَّهُ يَتَوَفَّى ٱلْأَنفُسَ حِينَ مَوْتِهَا وَٱلَّتِى لَمْ تَمُتْ فِى مَنَامِهَا ۖ فَيُمْسِكُ ٱلَّتِى قَضَىٰ عَلَيْهَا ٱلْمَوْتَ وَيُرْسِلُ ٱلْأُخْرَىٰٓ إِلَىٰٓ أَجَلٍ مُّسَمًّى ۚ إِنَّ فِى ذَٰلِكَ لَءَايَٰتٍ لِّقَوْمٍ يَتَفَكَّرُونَ ﴿٤٢﴾

৪৪। নত্তগা মখোইনা লৌরব্রা তাইনবিবশিং অল্লাহ নত্তবা (মখোইগী রা নোম্বিনবগী) ? হায়যু ঃ "মখোইনা মপাঙ্গল করিসু লৈতরবা ফাওবদা করিগুম্বা পোৎ অমগী মথক্তা অমসুং করিসু খঙদ্রগা ?"

أَمِ ٱتَّخَذُوا۟ مِن دُونِ ٱللَّهِ شُفَعَآءَ ۚ قُلْ أَوَلَوْ كَانُوا۟ لَا يَمْلِكُونَ شَيْـًٔا وَلَا يَعْقِلُونَ ﴿٤٣﴾

قُلْ لِّلّٰهِ الشَّفَاعَةُ جَمِيْعًا ۗ لَهٗ مُلْكُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۗ ثُمَّ اِلَيْهِ تُرْجَعُوْنَ ﴿٤٤﴾

৪৫। হায়য়ু (মখোইদা): "ব্রা তাইশিন্নবগী থবক পুম্নমক অল্লাহতগীনি। মহাক্কী শাসননি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদা। অদুগী তুংদা নখোই হনজনগনি মঙোন্দা।

وَاِذَا ذُكِرَ اللّٰهُ وَحْدَهُ اشْمَاَزَّتْ قُلُوْبُ الَّذِيْنَ لَا يُؤْمِنُوْنَ بِالْاٰخِرَةِ ۚ وَاِذَا ذُكِرَ الَّذِيْنَ مِنْ دُوْنِهٖۤ اِذَا هُمْ يَسْتَبْشِرُوْنَ ﴿٤٥﴾

৪৬। অদুগা অল্লাহ মথন্তবু হায়ফেত্তুং পনবা মতমদা (অফ-শাজনীংবা) শিরবা মতুংগী পুন্সিবু থাজদবশিংগী থম্মোইশিং হুঙ্গোইদুনা চপশল্লি; তৌইগুম্বসুং মহাক নত্তবা (অতৈ লাইশিংগী মমিংশিং) পনবদা, য়েংউ মখোই হরাও-মোমোন্নে।

قُلِ اللّٰهُمَّ فَاطِرَ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ عٰلِمَ الْغَيْبِ وَالشَّهَادَةِ اَنْتَ تَحْكُمُ بَيْنَ عِبَادِكَ فِيْ مَا كَانُوْا فِيْهِ يَخْتَلِفُوْنَ ﴿٤٦﴾

৪৭। হায়য়ু "হে অল্লাহ! লৈশেম-নুংশেম্বা স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী! অরোন-অথুপ অমসুং অফোংবা ইখঙ-খঙবা! নহাক্তনা তৌবিগনি রায়েল বিচার ননাইশিংগী মরক্তা মখোইনা য়ানরমদবা (রাফম)গী মরমদা।"

وَلَوْ اَنَّ لِلَّذِيْنَ ظَلَمُوْا مَا فِي الْاَرْضِ جَمِيْعًا وَّمِثْلَهٗ مَعَهٗ لَافْتَدَوْا بِهٖ مِنْ سُوْٓءِ الْعَذَابِ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ ۚ وَبَدَا لَهُمْ مِّنَ اللّٰهِ مَا لَمْ يَكُوْنُوْا يَحْتَسِبُوْنَ ﴿٤٧﴾

৪৮। অদুগা অরানবা লম্বীনবশিংনা করিগুম্বা মপু ওইরমলবা ফাওবা পৃথিবীদা লৈবা পোৎ পুম্নমক্কী, অমসুং মদুগা মান্নবা অদুগী মথক্তা লৈরমলবসু, মখোইনা শোয়দনমক পীরমগনি মশা থাদোকহন্নবগী মমল ওইনা শিবদগী অমুক হিংগৎহনবা নুমিৎকী ফত্তবা রায়েল-চৈরাক্তগী। তৌইগুম্বসুং তশেংনা লাক্কনি মখোইদা (অকি-অখংবদু) অল্লাহগী মায়কৈদগী, মদু মখোইনা কদৌঙেদসু রাখল তৌখিদে।

وَبَدَا لَهُمْ سَيِّاٰتُ مَا كَسَبُوْا وَحَاقَ بِهِمْ مَّا كَانُوْا بِهٖ يَسْتَهْزِءُوْنَ ﴿٤٨﴾

৪৯। অদুগা মখোইনা তৌখিবা ফত্তবা (থবক) শিং(গী ফল) তরং-তরংনা উগনি মখোইদা অমসুং মখোইনা ইতৎ-তত্তনা নোক্লরম্বা অদুনা পুমকোয়-কোয়শনগনি মখোইবু।

فَاِذَا مَسَّ الْاِنْسَانَ ضُرٌّ دَعَانَا ۫ ثُمَّ اِذَا خَوَّلْنٰهُ نِعْمَةً مِّنَّا ۙ قَالَ اِنَّمَاۤ اُوْتِيْتُهٗ عَلٰى عِلْمٍ ؕ بَلْ هِيَ فِتْنَةٌ وَّلٰكِنَّ اَكْثَرَهُمْ لَا يَعْلَمُوْنَ ﴿٤٩﴾

৫০। মরমদুনা মীনা ঈরাক্লরবদা অরা-অনংবদা, মহাকনা কৌজে ঐখোইবু; অদুগী তুংদা ঐখোইনা পীরবদা মহাকপু থৌজাল অমা ঐখোইগী মায়কৈদগী, মহাকনা হায়: "মসি ঐঙোন্দা পীবি ঐগী জ্ঞান (অমসুং মহৈ)গী মরম্না।" নত্তে, মদু চাংয়েংনি; তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা খঙদে।

قَدْ قَالَهَا الَّذِينَ مِن قَبْلِهِمْ فَمَا أَغْنَىٰ عَنْهُم مَّا كَانُوا يَكْسِبُونَ ﴿٥١﴾

৫১। তশেংবমক মখোইগী মমাংদা লৈরম্বা মখোইদুনা হায়খি অসিগা মান্ননা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা কমায়খিবা পুম্নমকনা করিসু কান্নবা পীখিদে মখোইবু।

فَأَصَابَهُمْ سَيِّئَاتُ مَا كَسَبُوا ۚ وَالَّذِينَ ظَلَمُوا مِنْ هَٰؤُلَاءِ سَيُصِيبُهُمْ سَيِّئَاتُ مَا كَسَبُوا وَمَا هُم بِمُعْجِزِينَ ﴿٥٢﴾

৫২। মরমদুনা মখোইনা তৌখিবা ফত্তবশিং (গী ফল)না লাঙ্গোয় চনখি মখোইবু; অমসুং অরানবা লম্বীনবশিংদু অচুম্বা থাজদবশিংসিগী মরক্তগী—ফত্তবা (ফলশিং) মখোইনা কমায়-খিবগীনা লাঙ্গোয় চনগনি মখোইবু অমসুং মখোই নাথোকপা ঙমলোই।

أَوَلَمْ يَعْلَمُوا أَنَّ اللَّهَ يَبْسُطُ الرِّزْقَ لِمَن يَشَاءُ وَيَقْدِرُ ۚ إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَاتٍ لِّقَوْمٍ يُؤْمِنُونَ ﴿٥٣﴾

৫৩। খঙদব্রা মখোই মদুদি অল্লাহনা হেনগৎহল্লি চিঞ্জাক মহাকনা চানবিবা (মতিকচাবা) শিংগী, অমসুং ৱাৎহল্লি মদু (মহাকনা ৱাৎহনবিনীংবা কনাগুম্বগী)? তশেংবমক, মসিদা লৈরে খুদমশিং (ভাব তানবগী) অচুম্বা থাজবা মীশিংগীদমক্তা।

৬ শুবা রুকূ

قُلْ يَا عِبَادِيَ الَّذِينَ أَسْرَفُوا عَلَىٰ أَنفُسِهِمْ لَا تَقْنَطُوا مِن رَّحْمَةِ اللَّهِ ۚ إِنَّ اللَّهَ يَغْفِرُ الذُّنُوبَ جَمِيعًا ۚ إِنَّهُ هُوَ الْغَفُورُ الرَّحِيمُ ﴿٥٤﴾

৫৪। হায়য়ু ঃ ''হো ঐগী ইনাইশিং! নখোইনা কা হেনবা শাজৎ চৎলুরগা নখোইগী থরাইশিংগী মায়োক্তা, আশা খাউদেক্কবা তৌগনু অল্লাহগী ঙাকপি-কনবিবা ফংলরোই হায়বগী। তশেংবমক অল্লাহনা কোকপি পাপ পুম্নমক। থাঙ্গেশেংবমক মহাক্তি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَأَنِيبُوا إِلَىٰ رَبِّكُمْ وَأَسْلِمُوا لَهُ مِن قَبْلِ أَن يَأْتِيَكُمُ الْعَذَابُ ثُمَّ لَا تُنصَرُونَ ﴿٥٥﴾

৫৫। ''অদুগা ওনশল্লু নখোই নখোইগী মপুদা অমসুং চঙজৌ মহাক্কী ৱায়েলদা, লাক্তরিঙৈ মমাংদা নখোইদা ৱায়েল-চৈরাক; অদুগী তুংদা নখোইবু মতেং করিসু পাংবিররোই।

وَاتَّبِعُوا أَحْسَنَ مَا أُنزِلَ إِلَيْكُم مِّن رَّبِّكُم مِّن قَبْلِ أَن يَأْتِيَكُمُ الْعَذَابُ بَغْتَةً وَأَنتُمْ لَا تَشْعُرُونَ ﴿٥٦﴾

৫৬। ''অদুগা ইল্লু অফবা (পাওতাক) ফোংদোকপিখিবদু নখোইদা নখোইগী মপুদগী, মমাংদা ৱায়েল-চৈরাক লাক্তরিঙৈ নখোইদা খঙহৌদনা (নোং মংদনা বজ্র তাবগুম), নখোইনা করিসু পররা তৌহৌদবদা (মদু লাক্কনি হায়বা নখোইদা) :—

৫৭। "মী অমনা হায়গনি ঃ আঃ ওথোকপনিদা! ঐনা থৌওই ৱাওইখিদে অল্লাহগী তৌগদবা ইথৌদা অমসুং ঐ তশেংবমক ওইরম্মী (অমা) নোক্নজাওবশিংগী মরক্তা;

أَن تَقُولَ نَفْسٌ يَٰحَسْرَتَىٰ عَلَىٰ مَا فَرَّطتُ فِى جَنۢبِ ٱللَّهِ وَإِن كُنتُ لَمِنَ ٱلسَّٰخِرِينَ ﴿٥٦﴾

৫৮। "নত্ত্রগা অসি হায়গনি ঃ অল্লাহনা লমজিংবিরমলবদি ঐবু, ঐ শোয়দনমক তিল্লমগনি ধর্ম্ম ফম্বৈনবশিংগী মরক্তা;

أَوْ تَقُولَ لَوْ أَنَّ ٱللَّهَ هَدَىٰنِى لَكُنتُ مِنَ ٱلْمُتَّقِينَ ﴿٥٧﴾

৫৯। "নত্ত্রগা অসি হায়গনি, রায়েল-চৈরাক মশক উবদা ঃ করিগুম্বা ঐনা হনবা য়ারমলবদি (সংসারদা), ঐসু ওইরমগনি (অমা) অফবা খানবশিংগী মরক্তা।"

أَوْ تَقُولَ حِينَ تَرَى ٱلْعَذَابَ لَوْ أَنَّ لِى كَرَّةً فَأَكُونَ مِنَ ٱلْمُحْسِنِينَ ﴿٥٨﴾

৬০। (অল্লাহনা পাওখুম্বিগনি ঃ) "মদু নত্তে, তশেংবমক ঐগী পাওজেনশিং থুংখি নংঙোন্দা, তৌইগুম্বসুং নংনা মীনম্বা তাহনখি মখোইবু, অমসুং নং নাপল-লুথোংনখি অমসুং নং ওইখি (অমা) অচুম্বা থাজদবশিংগী।"

بَلَىٰ قَدْ جَآءَتْكَ ءَايَٰتِى فَكَذَّبْتَ بِهَا وَٱسْتَكْبَرْتَ وَكُنتَ مِنَ ٱلْكَٰفِرِينَ ﴿٥٩﴾

৬১। অদুগা শিবদগী অমুক হিংগৎহনবগী নুমিত্তা নংনা উগনি অল্লাহগী মথক্তা মীনম পাওরাল হায়রম্বশিংদু মমায়শিং মুশিন কাশিনগনি। লৈতব্রা যম লৈবাক্তা লৈফম আথোই-নাপলনবশিংগী?

وَيَوْمَ ٱلْقِيَٰمَةِ تَرَى ٱلَّذِينَ كَذَبُوا۟ عَلَى ٱللَّهِ وُجُوهُهُم مُّسْوَدَّةٌ ۚ أَلَيْسَ فِى جَهَنَّمَ مَثْوًى لِّلْمُتَكَبِّرِينَ ﴿٦٠﴾

৬২। অদুগা অল্লাহনা ঙাকপিগনি পুণ্য লৈবশিংবু (অমসুং থম্বিগনি মখোইবু) খুদোংথীবা লৈতবা মফমদা; ফত্তবনা শোকলরোই মখোইবু অমসুং মখোই ৱানঙাই থোক্তে।

وَيُنَجِّى ٱللَّهُ ٱلَّذِينَ ٱتَّقَوْا۟ بِمَفَازَتِهِمْ لَا يَمَسُّهُمُ ٱلسُّوٓءُ وَلَا هُمْ يَحْزَنُونَ ﴿٦١﴾

৬৩। অল্লাহদি লৈশেম-নুংশেম্বনি পোৎ পুম্নমক্কী অমসুং মহাক্তি ঙাকপি-শেনবিবনি পোৎ পুম্নমক্কী।

ٱللَّهُ خَٰلِقُ كُلِّ شَىْءٍ ۖ وَهُوَ عَلَىٰ كُلِّ شَىْءٍ وَكِيلٌ ﴿٦٢﴾

৬৪। মহাকনা পায়রি শোজেশিং স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী। অদুগা অল্লাহগী পাওজেনশিংদা থাজদবশিংদু, মখোইসি মাঙজরবাঙাকনি।

لَّهُۥ مَقَالِيدُ ٱلسَّمَٰوَٰتِ وَٱلْأَرْضِ ۗ وَٱلَّذِينَ كَفَرُوا۟ بِـَٔايَٰتِ ٱللَّهِ أُو۟لَٰٓئِكَ هُمُ ٱلْخَٰسِرُونَ ﴿٦٣﴾

৭ শুবা রুকূ

৬৫। হায়য়ু ঃ নখোইনা হায়রিব্রা ঐবু থৌগল তৌ অল্লাহ নত্তবা অতোপ্পা (লাইশিং)গী, হে অপঙজাওবশিং!

قُلْ اَفَغَيْرَ اللّٰهِ تَاْمُرُوْٓنِّيْٓ اَعْبُدُ اَيُّهَا الْجٰهِلُوْنَ ۝٦٥

৬৬। অদুগা তশেংবমক. ফোংদোকপিখ্রে নংঙোন্দা অমসুং নংগী মমাংদা লৈরম্বা (নবীশিং) মখোইদা ঃ "নংনা পুথোকলবদি মশরুক য়ামিন্ন-বশিং (অল্লাহগী), নংগী থবক তশেংবমক করিসু কান্নরোই অমসুং নংসু শোয়দনমক ওইরগনি (অমা) অমাঙবশিংগী।"

وَلَقَدْ اُوْحِيَ اِلَيْكَ وَاِلَى الَّذِيْنَ مِنْ قَبْلِكَ لَئِنْ اَشْرَكْتَ لَيَحْبَطَنَّ عَمَلُكَ وَلَتَكُوْنَنَّ مِنَ الْخٰسِرِيْنَ ۝٦٦

৬৭। নত্তে, অল্লাহতগী থৌগল তৌ অমসুং ওইয়্ (অমা) তৌবিমল খঙবশিংগী মরক্তা।

بَلِ اللّٰهَ فَاعْبُدْ وَكُنْ مِّنَ الشّٰكِرِيْنَ ۝٦٧

৬৮। অদুগা মখোইনা ঈকাইখুম্নদে অল্লাহবু, ঈকাইখুম্নফম থোকপা মতুংইন্না, অমসুং পৃথিবী-পুম্বা লৈগনি মহাক্কী খুদুমদা শিবদগী অমুক হিংগৎহনবা নুমিত্তা, অমসুংস্বর্গকোনশন্দুনা লৈগনি মহাক্কী য়েৎথংবা মখুত্তা। অশেংবনি মহাক্তি মখোইনা (মঙোন্দা) থৈজিল্লিবা মশরুক য়ামিন্ন-বশিংগী মথক্তা।

وَمَا قَدَرُوا اللّٰهَ حَقَّ قَدْرِهٖ وَالْاَرْضُ جَمِيْعًا قَبْضَتُهٗ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ وَالسَّمٰوٰتُ مَطْوِيّٰتٌۢ بِيَمِيْنِهٖ سُبْحٰنَهٗ وَتَعٰلٰى عَمَّا يُشْرِكُوْنَ ۝٦٨

৬৯। অমসুং পেরে শিঙ্গা খোংলক্কনি, (মদুদা মনিন্না লপত্রেনদুনা) স্বর্গদা লৈবা পুম্নমক অমসুং পৃথিবীদা লৈবা পুম্নমক(সু) রাংথ-রাংথদুনা প্রোপ-প্রোপ তাগনি, নত্তনা অল্লাহনা চানবিদুনা কায়থোকপিবশিংদু। অদুগী তুংদা অনিরক শুবগী খোংলকপদা য়েংউ! মখোই ফুক-ফুক হৌগত্তুনা ঙাইদুনা লৈগনি।

وَنُفِخَ فِي الصُّوْرِ فَصَعِقَ مَنْ فِي السَّمٰوٰتِ وَمَنْ فِي الْاَرْضِ اِلَّا مَنْ شَآءَ اللّٰهُ ثُمَّ نُفِخَ فِيْهِ اُخْرٰى فَاِذَا هُمْ قِيَامٌ يَّنْظُرُوْنَ ۝٦٩

৭০। অদুগা পৃথিবীসে পুমঙান-ঙাথোরক্কনি মাগী মপুগী মঙালনা, অমসুং (মীনা তাইবঙ পুন্সি-খোঙফমদা তৌখিবা থবকশিং ইশনবা) কিতাব (হাংদোক্তুনা) থম্বিগনি মখোইগী মমাংদা, অমসুং নবীশিং অমসুং সাক্ষীশিং পুথোরক্কনি, অমসুং (অফ-ফত্ত য়েংদুনা) রা লেপ্পিগনি অচুম্বগা লোয়ননা অমসুং মখোইবু লান্না তৌবিরোই।

وَاَشْرَقَتِ الْاَرْضُ بِنُوْرِ رَبِّهَا وَوُضِعَ الْكِتٰبُ وَجِايْٓءَ بِالنَّبِيّٖنَ وَالشُّهَدَآءِ وَقُضِيَ بَيْنَهُمْ بِالْحَقِّ وَهُمْ لَا يُظْلَمُوْنَ ۝٧٠

৭১। অদুগা থরাই খুদিংমক পীবিগনি মনা-মথিন পুরা-পুরা মানা-মানা তৌখিবগী মতুংইন্না; অমসুং মহাকনা মুন্না খঙই মখোইনা তৌবাপুম্বা।

وَوُفِّيَتْ كُلُّ نَفْسٍ مَّا عَمِلَتْ وَهُوَ أَعْلَمُ بِمَا يَفْعَلُونَ ۝٧٠

৮ শুবা রুকূ

৭২। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু হোইজিনবিগনি যম লৈবাক্তা কাঙবু-কাঙবু নাইনা, অসি য়ৌবফাওবা, মখোইনা থুংবমক্তদা মদুদা, মদুগী থোংশিং হাংদোরক্কনি, অমসুং মদু পান্নবশিংনা হায়গনি মখোইদা: "লাকখিদব্রা নখোইদা ধর্ম্ম পাওতাকপশিং নখোইগী মরক্তগী, থীর-থীরদুনা নখোইদা পাওজেনশিং নখোইগী মপুগী, অমসুং চেকশন্নবা হায়বিদুনা নখোইবু ঙসি কোরৌ নোংজা অসি থেংনগনি হায়বগী?" মখোইনা পাওখুমগনি: "অওইবনি (মখোই লাকখি)," তৌইগুম্বসুং দণ্ডগী য়াথংদু চপচানা পীকম থোকপনি লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী মথক্তা।

وَسِيقَ الَّذِينَ كَفَرُوا إِلَىٰ جَهَنَّمَ زُمَرًا ۖ حَتَّىٰ إِذَا جَاءُوهَا فُتِحَتْ أَبْوَابُهَا وَقَالَ لَهُمْ خَزَنَتُهَا أَلَمْ يَأْتِكُمْ رُسُلٌ مِّنكُمْ يَتْلُونَ عَلَيْكُمْ آيَاتِ رَبِّكُمْ وَيُنذِرُونَكُمْ لِقَاءَ يَوْمِكُمْ هَٰذَا ۚ قَالُوا بَلَىٰ وَلَٰكِنْ حَقَّتْ كَلِمَةُ الْعَذَابِ عَلَى الْكَافِرِينَ ۝٧١

৭৩। অসি হায়বিগনি (মখোইদা): "চঙঙু নখোই যম লৈবাক্কী থোংশিংদা লৈনবগী মদুগী মনুংদা; ফত্তবনি লৈফমদু লমকেৎ-লমহাইবশিংগী।"

قِيلَ ادْخُلُوا أَبْوَابَ جَهَنَّمَ خَالِدِينَ فِيهَا ۖ فَبِئْسَ مَثْوَى الْمُتَكَبِّرِينَ ۝٧٢

৭৪। অদুগা মখোইগী মপুবু কিজরম্বা মীওইশিংদু পুশনবিগনি স্বর্গ লৈকোন্দা কাঙবু-কাঙবু নাইনা, অসি য়ৌবফাওবা, মখোইনাথুংবমক্তদা মদুদা, মদুগী থোংশিং হাংদোরক্কনি, অমসুং মদু পান্নবশিংনা হায়গনি মখোইদা: "সলাম (অঙৈংবা লৈহনবিসনু নখোইগী নথক্তা)! নখোই নুংঙাইবা শরুকনৌ অমসুং চঙঙু লৈনবগী মদুগী মনুংদা।"

وَسِيقَ الَّذِينَ اتَّقَوْا رَبَّهُمْ إِلَى الْجَنَّةِ زُمَرًا ۖ حَتَّىٰ إِذَا جَاءُوهَا وَفُتِحَتْ أَبْوَابُهَا وَقَالَ لَهُمْ خَزَنَتُهَا سَلَامٌ عَلَيْكُمْ طِبْتُمْ فَادْخُلُوهَا خَالِدِينَ ۝٧٣

৭৫। অদুগা মখোইনা হায়গনি: "থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহগীনি! মহাকনা পুরা তৌই মহাক্কী রাশক তৌবিখিবদু ঐখোইদা, অমসুং পীবি ঐখোইদা পৃথিবী স্বত্ব ওইনা, ফংহনবিদুনা লৈফম ঐখোইবু হৈকোন-লৈকোন্দা ঐখোইনা অপাম-অপাম্বা মফমদা।" কয়াদা ফত্রবা মনা-মথিননো (ধর্ম্ম) লম্বীনবশিংগী!

وَقَالُوا الْحَمْدُ لِلَّهِ الَّذِي صَدَقَنَا وَعْدَهُ وَأَوْرَثَنَا الْأَرْضَ نَتَبَوَّأُ مِنَ الْجَنَّةِ حَيْثُ نَشَاءُ ۖ فَنِعْمَ أَجْرُ الْعَامِلِينَ ۝٧٤

৭৬। অদুগা নংনা উগনি স্বর্গ দুতশিং চৎপা অকোয়বদা 'অরশ' (ফম্বাল)গী, মখোইগী মপুবু থাগৎপগী লাইশোল শক-শোন্দুনা; অমসুং মখোইগী মরক্তা অচুম্বা রায়েল বিচার তৌবিগনি, অমসুং অসি হায়গনিঃ "থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহগীনি, মপুনি সংসার পুম্নমক্কী!"

وَتَرَى الْمَلٰٓئِكَةَ حَآفِّيْنَ مِنْ حَوْلِ الْعَرْشِ يُسَبِّحُوْنَ بِحَمْدِ رَبِّهِمْ ۚ وَقُضِيَ بَيْنَهُمْ بِالْحَقِّ وَقِيْلَ الْحَمْدُ لِلّٰهِ رَبِّ الْعٰلَمِيْنَ ﴿٧٥﴾



অল-মু'মিন সূরহ ৪০

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৮৬ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ﴿١﴾

২। থাগৎপদা মতিকচাখ্রবা, অচৌবা ইজ্জৎকী মপু (হমীদ মজীদ)।

حٰمٓ ﴿٢﴾

৩। কিতাব অসি ফোংদোকপিখি অল্লাহদগী, (মহাক্তি) পাঙ্গলবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি,

تَنْزِيْلُ الْكِتٰبِ مِنَ اللّٰهِ الْعَزِيْزِ الْعَلِيْمِ ﴿٣﴾

৪। পাপ কোকপিহৈবনি, পাপকী অরাবা ফোংদোকপদা য়াবিহৈবনি, অকনবা রায়েল-চৈরাক পীহৈবনি, মরাংকায়না পীনহৈবনি। লৈতে চীঙু লাই কনামতা মহাক নত্তনা। মঙোন্দা অরোয়বা ওইনা হনজনগনি।

غَافِرِ الذَّنْبِ وَقَابِلِ التَّوْبِ شَدِيْدِ الْعِقَابِ ۙ ذِي الطَّوْلِ ۗ لَآ اِلٰهَ اِلَّا هُوَ ۗ اِلَيْهِ الْمَصِيْرُ ﴿٤﴾

৫। কনানসু চীন্দান্নদে অল্লাহগী পাওজেনশিংগী, মরমদা লমফৈ-খোঙফম্নবশিং নত্তনা। মরমদুনা নমথাক তৌদবা ওইসনু নংবু মখোইগী (চাওখৎপা কারবার তৌবগী) কোয়চৎ-চৎপনা শহরশিংদা।

مَا يُجَادِلُ فِيْٓ اٰيٰتِ اللّٰهِ اِلَّا الَّذِيْنَ كَفَرُوْا فَلَا يَغْرُرْكَ تَقَلُّبُهُمْ فِي الْبِلَادِ ﴿٥﴾

৬। নুহগী মীশিং অমসুং (অতৈ অতোপ্পা) কাঙলুপশিং মখোইগী মতুংদা লৈরম্বনা য়াখিদে (ত্রখোইগী পাওজেনশিং) মমাংদা (মীশিং)সিগী, অমসুং জাতি খুদিংনা হোৎনখি ফাগদবগী

كَذَّبَتْ قَبْلَهُمْ قَوْمُ نُوْحٍ وَّالْاَحْزَابُ مِنْ بَعْدِهِمْ ۖ وَهَمَّتْ كُلُّ اُمَّةٍ بِرَسُوْلِهِمْ لِيَأْخُذُوْهُ وَجٰدَلُوْا

بِالْبَاطِلِ لِيُدْحِضُوا بِهِ الْحَقَّ فَأَخَذْتُهُمْ فَكَيْفَ كَانَ عِقَابِ ۝

মখোইগী ধর্ম্ম পাওতাকপা(মী)বু, অমসুং চীন্দান্নখি অরাননা রায়েৎ পুথোক্তুনা অদুনা মখোইনা লানহন্নবা অচুম্বদু মদুনা। মতমদুদা ঐনা ফাজনবিখি মখোইবু, (য়েংউ!) কয়াদা (অকিবগী মশক ওইখ্রবা) ঐগী লমল খুম্বদু!

وَكَذَٰلِكَ حَقَّتْ كَلِمَتُ رَبِّكَ عَلَى الَّذِينَ كَفَرُوا أَنَّهُمْ أَصْحَابُ النَّارِ ۝

৭। অদুগা অসুম্না নংগী মপুগী হুকুম অচুম্বা প্রমাণ ওইখি অচুম্বা থাজদবশিংগী মথক্তা, অদুনা মখোই মরূপশিংনি খাম্বি মৈগী।

الَّذِينَ يَحْمِلُونَ الْعَرْشَ وَمَنْ حَوْلَهُ يُسَبِّحُونَ بِحَمْدِ رَبِّهِمْ وَيُؤْمِنُونَ بِهِ وَيَسْتَغْفِرُونَ لِلَّذِينَ آمَنُوا رَبَّنَا وَسِعْتَ كُلَّ شَيْءٍ رَحْمَةً وَعِلْمًا فَاغْفِرْ لِلَّذِينَ تَابُوا وَاتَّبَعُوا سَبِيلَكَ وَقِهِمْ عَذَابَ الْجَحِيمِ ۝

৮। (স্বর্গ দুত) লেঙথোং পুবশিং কোইরেল ফম্বালগী অমসুং মদুগী অকোয়বদা তিনবশিংনা শৈশকই মখোইগী মপুবু থাগৎতুনা, অমসুং থাজে মহাকপু, অমসুং নীজে মপাপ কোকপিনবগী অচুম্বা থাজবশিংগী (অসি হায়দুনা) ঃ "ঐখোইগী মপুও! নহাক্কী থৌজাল অমসুং জ্ঞান্না কোনশন্দুনা থম্মি পোৎ পুম্নমক। মরমদুনা কোকপিয়ু মপাপ হায়দোকচবা অমসুং নহাক্কী লম্বী ইনবশিংবু অমসুং ঙাকপিয়ু মখোইবু ঙুং-ঙুং চাকপা খাম্বি মৈকোমগী অরাফম তাহনবদগী।

رَبَّنَا وَأَدْخِلْهُمْ جَنَّاتِ عَدْنٍ الَّتِي وَعَدْتَهُمْ وَمَنْ صَلَحَ مِنْ آبَائِهِمْ وَأَزْوَاجِهِمْ وَذُرِّيَّاتِهِمْ إِنَّكَ أَنْتَ الْعَزِيزُ الْحَكِيمُ ۝

৯। "ঐখোইগী মপুও! চঙহনবিয়ু মখোইবু মতমচুপ্পা নুংঙাইদুনতা লৈগদবা (অঙাংবগী) হৈকোন-লৈকোনশিংদা মদু নহাকনা রাশকপিখ্রবনি মখোইদা, অমসুং মখোইগী মরক্তগী ধর্ম্ম চেনবা মপাশিং অমসুং মখোইগী নুপীশিং অমসুং মখোইগী মচাশিংদসু। তশেংবমক, নহাক্তি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَقِهِمُ السَّيِّئَاتِ وَمَنْ تَقِ السَّيِّئَاتِ يَوْمَئِذٍ فَقَدْ رَحِمْتَهُ وَذَٰلِكَ هُوَ الْفَوْزُ الْعَظِيمُ ۝

১০। "অদুগা ঙাকপিয়ু মখোইবু ফত্তবদা (তাগদৌবদ)গী; অমসুং নহাকনা ঙাকপিবা মহাকদু ফত্তবদগী নুমিৎ অদুদা, তশেংবমক নহাকনা থৌজালবিরবনি মহাকপু। মসি খ্বাইদগী হেন্না অচৌবা জয়নি।"

২ শুবা রুকূ

إِنَّ الَّذِينَ كَفَرُوا يُنَادَوْنَ لَمَقْتُ اللَّهِ أَكْبَرُ

১১ অচুম্বা থাজদবশিংদা হায়বিগনি (রাহৈশিংসি)ঃ "তশেংবমক অল্লাহনা তুক্কচবনা

নখোইবু চাওবা হেল্লি নখোইনা (হৌজিক) তুক্কচবদগী নশাবু (নখোইগী অরানবা থবকশিংগী ফল নশানা তশেংনা উরকপদা) ঃ মরমদি নখোইবু বারতোন তৌখিবা মতমদা (অচুম্বা) ধর্ম্মদা নখোইনা য়াখিদে (অমসুং নতুং ওনশনখি)।"

مِنْ مَّقْتِكُمْ اَنْفُسَكُمْ اِذْ تُدْعَوْنَ اِلَى الْاِيْمَانِ فَتَكْفُرُوْنَ ﴿١٠﴾

১২। মখোইনা হায়গনি ঃ "ঐখোইগী মপুও! নহাকনা শিহনবিখ্রে ঐখোইবু অনিরক হন্না, অমসুং নহাকনা হিংগৎহনবিখ্রে ঐখোইবু অনিরক হন্না. অমসুং (হৌজিক) ঐখোইনা য়াজরে ঐখোইগী ইপাপশিং। মরমদুনা করিগুম্বা লম্বী লৈব্রা থোকখিনবগী (মৈকোম অসিদগী) ?"

قَالُوْا رَبَّنَآ اَمَتَّنَا اثْنَتَيْنِ وَاَحْيَيْتَنَا اثْنَتَيْنِ فَاعْتَرَفْنَا بِذُنُوْبِنَا فَهَلْ اِلٰى خُرُوْجٍ مِّنْ سَبِيْلٍ ﴿١١﴾

১৩। (অসি হায়দুনা পাওখুম্বিগনি মখোইদা ঃ) "মসি (দোশনি নখোইগী), মরমদি অল্লাহ অমতনি হায়না লাউথোকখিবদা (নখোইদা), নখোইনা থাজাখিদে, **তৌইগুম্ব**সুং শরুক য়ামিন্নবা খরা থৈজিনখিবদা মঙোন্দা, নখোইনা থাজখি। মরমদুনা হৌজিক রাখৈবিগদবদি অল্লাহনি, (মহাক্তি) ইরাং-রাংবনি, খ্বাইদগী হেন্না অচৌনি।

ذٰلِكُمْ بِاَنَّهٗٓ اِذَا دُعِيَ اللّٰهُ وَحْدَهٗ كَفَرْتُمْ ۚ وَاِنْ يُّشْرَكْ بِهٖ تُؤْمِنُوْا ۚ فَالْحُكْمُ لِلّٰهِ الْعَلِيِّ الْكَبِيْرِ ﴿١٢﴾

১৪। মহাকননি উহল্লিবা নখোইদা মহাক্কী খুদমশিং, অমসুং থারকলিবা চিঞ্জাক নখোইগী-দমক্তা কোরৌ নোংমদোলদগী। তৌইগুম্বসুং (মসি) কনানসু রাখল তৌদে নত্তনা মহাকদু (মপুকনিংপুম্বা) ওনশনজবা (অল্লাহদা)।

هُوَ الَّذِيْ يُرِيْكُمْ اٰيٰتِهٖ وَيُنَزِّلُ لَكُمْ مِّنَ السَّمَآءِ رِزْقًا ۚ وَمَا يَتَذَكَّرُ اِلَّا مَنْ يُّنِيْبُ ﴿١٣﴾

১৫। মরমদুনা কৌজৌ অল্লাহবু, পুকচেন তিংনা হায়বা ইন্দুনা মঙোন্দা, লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা থোইনমক পামদ্রবসু (মদু)।

فَادْعُوا اللّٰهَ مُخْلِصِيْنَ لَهُ الدِّيْنَ وَلَوْ كَرِهَ الْكٰفِرُوْنَ ﴿١٤﴾

১৬। (মহাক্তি) খ্বাইদগী অচৌবা মগুণশিং লৈবনি, মপুনি ফম্বালগী। মহাকনা থাবি মরাহৈ মহাক্কী ময়াথংনা মহাকনা চানবিবা কনাগুম্বদা মহাক্কী মনাইশিংদগী, অদুনা মহাকনা চেকশন্নবগী হায়বিনবা (মীশিংবু) ময়াম পুল্লপ উনবা নুমিৎকী—

رَفِيْعُ الدَّرَجٰتِ ذُو الْعَرْشِ ۚ يُلْقِى الرُّوْحَ مِنْ اَمْرِهٖ عَلٰى مَنْ يَّشَآءُ مِنْ عِبَادِهٖ لِيُنْذِرَ يَوْمَ التَّلَاقِ ﴿١٥﴾

১৭। নুমিৎ অদুদা মখোই (পুম্নমক) থোরক্কনি

يَوْمَ هُمْ بٰرِزُوْنَ ۚ لَا يَخْفٰى عَلَى اللّٰهِ مِنْهُمْ

شَيْءٌ ۗ لِمَنِ الْمُلْكُ الْيَوْمَ ۗ لِلّٰهِ الْوَاحِدِ الْقَهَّارِ ⑯

মখোইগী মোংফমশিংদগী; মখোইগী (মরী লৈনবা) পোৎ অমতা লোৎশনবিরোই অল্লাহদগী। (অসি হায়বিগনি ঃ) "ঙসিগী নুমিৎসে কনাগী শাসন ওইরবনো?" (পাওখুমসি পীবিগনি ঃ) "অল্লাহগীনি," (মহাক) একা মথন্তনি, লাকহৎপা ঙম্বনি (পুম্নমকবু)।

اَلْيَوْمَ تُجْزٰى كُلُّ نَفْسٍ بِمَا كَسَبَتْ ۗ لَا ظُلْمَ الْيَوْمَ ۗ اِنَّ اللّٰهَ سَرِيْعُ الْحِسَابِ ⑰

১৮। ঙসিদি থরাই খুদিংমক পীবিগনি মাগী-মাগী তৌজ মতিকমল। অরানবা করিসু তৌবিরোই ঙসি নুমিত্তা। তশেংবমক, অল্লাহদি থুবনি হিসাব লৌবদা।

وَاَنْذِرْهُمْ يَوْمَ الْاٰزِفَةِ اِذِ الْقُلُوْبُ لَدَى الْحَنَاجِرِ كٰظِمِيْنَ ۗ مَا لِلظّٰلِمِيْنَ مِنْ حَمِيْمٍ وَّلَا شَفِيْعٍ يُّطَاعُ ⑱

১৯। অদুগা চেকশন্নবা হায়বিয়ু মখোইবু অসুম নকশল্লকপা নুমিৎ অদুগী, মতমদুদা অরাবনা ফুনগৎলবা থম্মোইশিং কাখৎলক্কনি খৌরী-চরম য়ৌনা। অরানবা লম্বীনবশিংগী লৈরোই তেংবাংবিনবা কনামতা নত্তগা তাইনবিবা কনামতা মাগী তাইশিন্নবগী রা করিসু য়াবিরোই।

يَعْلَمُ خَآئِنَةَ الْاَعْيُنِ وَمَا تُخْفِى الصُّدُوْرُ ⑲

২০। (অল্লাহ) মহাকনা খঙই মিৎশিংগী লৌনম অমসুং থবাক মনুংদা লোৎশনবা (পুম্নমক)সু।

وَاللّٰهُ يَقْضِىْ بِالْحَقِّ ۗ وَالَّذِيْنَ يَدْعُوْنَ مِنْ دُوْنِهٖ لَا يَقْضُوْنَ بِشَيْءٍ ۗ اِنَّ اللّٰهَ هُوَ السَّمِيْعُ الْبَصِيْرُ ⑳

২১। অল্লাহনা রায়েল্লি অচুম্বগা লোয়ননা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা কৌজরিবা অল্লাহ নত্তবশিং অদুনা তৌবা ঙমদে রায়েল করিমতা ফাওবা। তশেংবমক অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক উবনি।

৩ শুবা রুকূ

اَوَلَمْ يَسِيْرُوْا فِى الْاَرْضِ فَيَنْظُرُوْا كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الَّذِيْنَ كَانُوْا مِنْ قَبْلِهِمْ ۗ كَانُوْا هُمْ اَشَدَّ مِنْهُمْ قُوَّةً وَّاٰثَارًا فِى الْاَرْضِ فَاَخَذَهُمُ اللّٰهُ بِذُنُوْبِهِمْ ۗ وَمَا كَانَ لَهُمْ مِّنَ اللّٰهِ مِنْ وَّاقٍ ㉑

২২। মখোইনা কোয়দব্রা পৃথিবী অমসুং উদব্রা করি পোল্লোই ওইখিবা মখোইগী মমাংদা লৈরম্বা (মীরোন) শিংগী? মখোইদুনা হেনখি মখোইসিদগী মপাঙ্গল (অমসুং মথৌনা) অমসুং খুদমশিং (চাওখৎ খোঙথাংগী মখোইনা থরম্ব)দা পৃথিবীদা। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা ফাবিখি মখোইবু মখোইগী মপাপকী মরম্না; অমসুং মখোইবু ঙাকপিনবা কনাসু লৈখিদে অল্লাহদগী।

২৩। মদুগী মরমদি মখোইগী ধর্ম্ম পাওতাকপশিং লাকখি মখোইদা তশেং-তশেংবা পাওজেনশিংগা লোয়ননা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা থাজখিদে; মরমদুনা অল্লাহনা ফাবিখি মখোইবু। তশেংবমক অল্লাহদি শক্তি চেনবনি (অমসুং) শাথীবনি রায়েল-চৈরাক পীবদা।

ذٰلِكَ بِاَنَّهُمْ كَانَتْ تَّاْتِيْهِمْ رُسُلُهُمْ بِالْبَيِّنٰتِ فَكَفَرُوْا فَاَخَذَهُمُ اللّٰهُ ۭ اِنَّهٗ قَوِيٌّ شَدِيْدُ الْعِقَابِ ۝۲۲

২৪। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা থাখি মুসাবু লোয়ননা ঐখোইগী খুদমশিং অমসুং তশেং-তশেংবা অধিকারগা,

وَلَقَدْ اَرْسَلْنَا مُوْسٰى بِاٰيٰتِنَا وَسُلْطٰنٍ مُّبِيْنٍ ۝۲۳

২৫। ফিরঔন অমসুং হামান অমসুং কারুনদা; তৌইগুম্বসুং মখোইনা হায়খি: "(মহাকসে) জাদুগর মীনমজাওবনি।"

اِلٰى فِرْعَوْنَ وَهَامٰنَ وَقَارُوْنَ فَقَالُوْا سٰحِرٌ كَذَّابٌ ۝۲۴

২৬। অদুগা মহাকনা লাকখিবদা মখোইদা লোয়ননা অচুম্বগা ঐখোইদগী, মখোইনা হায়খি: "হাৎলু মচা পিবাশিং মহাক্কা লোয়ননা অচুম্বা থাজখিবশিংগী অমসুং থাকউ মখোইগী মোমনু নুজা ওইবীশিং।" তৌইগুম্বসুং লমফে-খোঙফম্নবশিংগী শরৌ লাংলৌ অরেম্বদা তাখি।

فَلَمَّا جَاۗءَهُمْ بِالْحَقِّ مِنْ عِنْدِنَا قَالُوا اقْتُلُوْٓا اَبْنَاۗءَ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا مَعَهٗ وَاسْتَحْيُوْا نِسَاۗءَهُمْ ۭ وَمَا كَيْدُ الْكٰفِرِيْنَ اِلَّا فِيْ ضَلٰلٍ ۝۲۵

২৭। ফিরঔন্না হায়খি: "থাদোকউ ঐবু কনামতা য়াওদনা—ঐ হাৎলগে মুসাবু; অমসুং মহাক কৌজসনু মহাক্কী মপুবু। ঐনা তশেংবমক কিবিরি মহাকনা ওন্থোকপিগদৌরি নখোইগী ধর্ম্ম নত্রগা কাংখোং চাইহনবিগদৌরি (নখোইগী) লৈবাক।"

وَقَالَ فِرْعَوْنُ ذَرُوْنِيْٓ اَقْتُلْ مُوْسٰى وَلْيَدْعُ رَبَّهٗ ۚ اِنِّىْٓ اَخَافُ اَنْ يُّبَدِّلَ دِيْنَكُمْ اَوْ اَنْ يُّظْهِرَ فِي الْاَرْضِ الْفَسَادَ ۝۲۶

২৮। অদুগা (ফিরঔনগী ধমকা তারগা) মুসানা হায়খি: "ঐনা নীজরি মতেং ঐগী মপুদা অমসুং নখোইগী মপুদা (ঙাকপিনবা ঐবু) নাপল-লুথোংনবা হিসাবকী নুমিৎপু থাজদবা মী-খুদিংদগী।

وَقَالَ مُوْسٰٓى اِنِّىْ عُذْتُ بِرَبِّيْ وَرَبِّكُمْ مِّنْ كُلِّ مُتَكَبِّرٍ لَّا يُؤْمِنُ بِيَوْمِ الْحِسَابِ ۝۲۷

৪ শুবা রুকূ

২৯। অদুগা অচুম্বা থাজবা মী অমা ফিরঔনগী মীশিংগী মরক্তা, মহাক্কী ধর্ম্মদা থাজবা লোৎশন্দুনা লৈরম্বনা হায়খি: নখোই হাৎলগেরা

وَقَالَ رَجُلٌ مُّؤْمِنٌ ڰ مِّنْ اٰلِ فِرْعَوْنَ يَكْتُمُ اِيْمَانَهٗٓ اَتَقْتُلُوْنَ رَجُلًا اَنْ يَّقُوْلَ رَبِّيَ اللّٰهُ وَقَدْ جَاۗءَكُمْ

بِالْبَيِّنٰتِ مِنْ رَّبِّكُمْ ۗ وَاِنْ يَّكُ كَاذِبًا فَعَلَيْهِ كَذِبُهٗ ۚ وَاِنْ يَّكُ صَادِقًا يُّصِبْكُمْ بَعْضُ الَّذِيْ يَعِدُكُمْ ۗ اِنَّ اللّٰهَ لَا يَهْدِيْ مَنْ هُوَ مُسْرِفٌ كَذَّابٌ ﴿٢٨﴾

মী অমা মরমদি মহাকনা হায় "ঐগী মপুদি অল্লাহনি" অমসুং মহাকনা পুরকখ্রে নখোইদা তশেংবা দলিল নখোইগী মপুদগী? মহাকনা মীনম্বা ওইরবদি, মহাক ফংগনি (মরাল) মহাকনা মীনম লাংথাকপগী; তৌইগুম্বসুং মহাকনা অচুম্বা ওইরবদি, মহাকনা নখোইবু ধমকী তৌরিবা (চৈরাক) খরা (শোয়দনমক) থোকলগনি নখোইদা। থাঙ্গৈমকশেংনা অল্লাহনা লমজিংবিদে কা হেন্দোকলবা মীনমজাওববু।

يٰقَوْمِ لَكُمُ الْمُلْكُ الْيَوْمَ ظٰهِرِيْنَ فِي الْاَرْضِ ۚ فَمَنْ يَّنْصُرُنَا مِنْۢ بَاْسِ اللّٰهِ اِنْ جَآءَنَا ۗ قَالَ فِرْعَوْنُ مَآ اُرِيْكُمْ اِلَّا مَآ اَرٰى وَمَآ اَهْدِيْكُمْ اِلَّا سَبِيْلَ الرَّشَادِ ﴿٢٩﴾

৩০। "হো ঐগী কাঙলুপ! নখোইনা শাসন পায়রি ঙসি নুমিত্তা, নখোইনা মকোক ওইরি লম অসিদা। তৌইগুম্বসুং কনানা ঙাকপিগনি ঐখোইবু অল্লাহগী রায়েল-চৈরাক্তগী, মদু লাকলবদি ঐখোইগী ইথক্তা?" ফিরঔন্না পাওখুমখি: "ঐনা তাকই নখোইদা ঐ ইশানা উবা অদুতা অমসুং ঐনা লমজিংই নখোইবু অচুম্বা লম্বীতদা।"

وَقَالَ الَّذِيْٓ اٰمَنَ يٰقَوْمِ اِنِّيْٓ اَخَافُ عَلَيْكُمْ مِّثْلَ يَوْمِ الْاَحْزَابِ ﴿٣٠﴾

৩১। অদুগা (অচুম্বা থাজবা) মহাকনা হায়খি: "হো ঐগী কাঙলুপ! ঐনা কিবি নখোইদা (দোশা য়ুমথুং ওইগদ্রা হায়না) নুমিৎ অমা (লায়বক থীবগী) থোকখিবগুম মীচং পুনশন্নখিবা কাঙলুপশিংগী,

مِثْلَ دَاْبِ قَوْمِ نُوْحٍ وَّعَادٍ وَّثَمُوْدَ وَالَّذِيْنَ مِنْۢ بَعْدِهِمْ ۗ وَمَا اللّٰهُ يُرِيْدُ ظُلْمًا لِّلْعِبَادِ ﴿٣١﴾

৩২। "থৌদোক্কা চপমান্ননা নূহগী কাঙলুপকী অমসুং আদকী অমসুং সমূদকী অমসুং মখোইগী মতুংদা লৈরম্বশিংগী (নখোইদা থোক্তনবা)। অদুগা অল্লাহনা পামদে খজিক্তং ফাওবা চুমদনা তৌবা (মহাক্কী) মনাইশিংদা।

وَيٰقَوْمِ اِنِّيْٓ اَخَافُ عَلَيْكُمْ يَوْمَ التَّنَادِ ﴿٣٢﴾

৩৩। "অদুগা হো ঐগী কাঙলুপ! ঐনা কিবি নখোইগীদমক নুমিৎদু মদুদা মহে-মহে কৌনগদবদু (তেংথা নাওইনদুনা, মতেংগীদমক)—

يَوْمَ تُوَلُّوْنَ مُدْبِرِيْنَ ۚ مَا لَكُمْ مِّنَ اللّٰهِ مِنْ

৩৪। "নুমিৎ অদুদা নখোই তুং হন্দোক্তুনা চেনগনি। নখোইগী লৈরোই কনামতা ঙাকপিনবা অল্লাহদগী। অদুগা অল্লাহনা থাদোকপিখ্রবা মহাকদু লম্মুক্রবনি হায়না (মশানা নিংঙাইজাও

ওইবদগী), মহাক্কী লৈররোই লমজিংবিনবা কনামতা।

عَاصِمٍ ۚ وَمَنْ يُضْلِلِ اللَّهُ فَمَا لَهُ مِنْ هَادٍ ﴿٣٤﴾

৩৫। "অদুগা (নীংশিঙঙু) তশেংবমক, য়ুসুফ লাকখি নখোইদা (হে ইস্রাঈলশিং!) মমাংঙৈদা তশেংবা দলিলগা লোয়ননা, তৌইগুম্বসুং নখোইনা চিংনবা তোকখিদে মহাকনা লোয়নদুনা নখোইদা লাকখিবদুগী মরমদা—অসি য়ৌবফাওবা—মদুদি মহাকনা শিখ্রবদা, নখোইনা হায়খিঃ "অল্লাহনা কদৌঙৈদসু থাবিরকলরোই ধর্ম্ম পাওতাকপা অমা মহাক্কী মতুংদা।" অসুম্না অল্লাহনা লম্মুক্লহনবি কা হেন্দোকপা (অমসুং) চিংনগনবা খুদিংবু।

وَلَقَدْ جَاءَكُمْ يُوسُفُ مِنْ قَبْلُ بِالْبَيِّنَاتِ فَمَا زِلْتُمْ فِي شَكٍّ مِمَّا جَاءَكُمْ بِهِ ۖ حَتَّىٰ إِذَا هَلَكَ قُلْتُمْ لَنْ يَبْعَثَ اللَّهُ مِنْ بَعْدِهِ رَسُولًا ۚ كَذَٰلِكَ يُضِلُّ اللَّهُ مَنْ هُوَ مُسْرِفٌ مُرْتَابٌ ﴿٣٥﴾

৩৬। "অল্লাহগী পাওজেনশিংদা চীন্দান্নবা মখোইদু করিগুম্বা দলিল অমতা লৈতনা (মখোইগী রায়েৎদু চুম্মি হায়না প্রমাণ তৌনবগী), থোইদোক্না তুক্কচনিঙঙাইনি অল্লাহগী মনাক্তা অমসুং (অচুম্বা) থাজবশিংগী (সু) মনাক্তা। অসুম্না অল্লাহনা চুম নমশিনবি থম্মোই খুদিং অথোই-নাপলনবা, লমকেৎ-লমহাইবা (মীগী)।"

الَّذِينَ يُجَادِلُونَ فِي آيَاتِ اللَّهِ بِغَيْرِ سُلْطَانٍ أَتَاهُمْ ۖ كَبُرَ مَقْتًا عِنْدَ اللَّهِ وَعِنْدَ الَّذِينَ آمَنُوا ۚ كَذَٰلِكَ يَطْبَعُ اللَّهُ عَلَىٰ كُلِّ قَلْبِ مُتَكَبِّرٍ جَبَّارٍ ﴿٣٦﴾

৩৭। অদুগা ফিরঔন্না হায়খিঃ "হে হামান! শাগৎলু (অরাংবা) লানবল অমা অদুনা ঐনা (কাখৎলগা) য়ৌবা য়ানবা লম্বীশিং,

وَقَالَ فِرْعَوْنُ يَا هَامَانُ ابْنِ لِي صَرْحًا لَعَلِّي أَبْلُغُ الْأَسْبَابَ ﴿٣٧﴾

৩৮। য়ৌবা য়ানবা লম্বীশিং স্বর্গগী, অদুনা ঐনা য়েংবা য়ানবা মুসাগী খুদাবু, অমসুং ঐনা তশেংবমক খল্লি মহাক লৌশিং মীনম লাংথাকপনি।" অদুগা অসুম্না মহাক্কী ফত্তবা থবক অদু (উহনবিখি) ফজবা ওইনা ফিরঔন্দা, অমসুং মহাক মমায় ওন্থোকখি অচুম্বা লম্বীদগী; অমসুং (কায়থংদা) ফিরঔনগী শরৌদু ওইখি (মশামক) লৈখা-তানবা। ৫ শুবা রুকূ

أَسْبَابَ السَّمَاوَاتِ فَأَطَّلِعَ إِلَىٰ إِلَٰهِ مُوسَىٰ وَإِنِّي لَأَظُنُّهُ كَاذِبًا ۚ وَكَذَٰلِكَ زُيِّنَ لِفِرْعَوْنَ سُوءُ عَمَلِهِ وَصُدَّ عَنِ السَّبِيلِ ۚ وَمَا كَيْدُ فِرْعَوْنَ إِلَّا فِي تَبَابٍ ﴿٣٨﴾ ع

৩৯। অদুগা অচুম্বা থাজবা মহাকনা হায়খিঃ "হো ঐগী কাঙলুপ! ঐগী তুং ইল্লু ঃ ঐনা লমজিংবিগনি নখোইবু অচুম্বা লম্বীনা।

وَقَالَ الَّذِي آمَنَ يَا قَوْمِ اتَّبِعُونِ أَهْدِكُمْ سَبِيلَ الرَّشَادِ ﴿٣٩﴾

يٰقَوْمِ اِنَّمَا هٰذِهِ الْحَيٰوةُ الدُّنْيَا مَتَاعٌ ۫ وَّاِنَّ الْاٰخِرَةَ هِيَ دَارُ الْقَرَارِ ۝٣٩

৪০। "হো ঐগী কাঙলুপ! তাইবঙ পুন্সিসে মতম খরদংগী হরাও-তয়াম্বনি; তৌইগুম্বসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদু তশেংবমক লোম্বা নাইরোইদবা য়ুমনি।

مَنْ عَمِلَ سَيِّئَةً فَلَا يُجْزٰٓى اِلَّا مِثْلَهَا ۚ وَمَنْ عَمِلَ صَالِحًا مِّنْ ذَكَرٍ اَوْ اُنْثٰى وَهُوَ مُؤْمِنٌ فَاُولٰٓئِكَ يَدْخُلُوْنَ الْجَنَّةَ يُرْزَقُوْنَ فِيْهَا بِغَيْرِ حِسَابٍ ۝٤٠

৪১। "কনাগুম্বনা তৌরবদি ফত্তবা, লমল খুম্বিগনি মদুগা মান্নবতা; তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা তৌরবদি অফবা, নিপা নত্ত্রগা নুপী ওইরবসু, অমসুং অচুম্বা থাজবা ওইরবা—মখোইসি চঙগনি স্বর্গ লৈকোন; মখোইবু পীবিগনি মদুগী মনুংদা চিঞ্জাক হিসাব তৌদনা

وَيٰقَوْمِ مَا لِيْٓ اَدْعُوْكُمْ اِلَى النَّجٰوةِ وَتَدْعُوْنَنِيْٓ اِلَى النَّارِ ۝٤١

৪২। "অদুগা হো ঐগী কাঙলুপ! (করিমুক হায়সিগে!) ঐনা কৌরি নখোইবু অরান-খুবমগী মায়কৈদা; তৌইগুম্বসুং নখোইনা কৌরি ঐবু (নরক্কী) খাম্বি মৈদা।

تَدْعُوْنَنِيْ لِاَكْفُرَ بِاللّٰهِ وَاُشْرِكَ بِهٖ مَا لَيْسَ لِيْ بِهٖ عِلْمٌ ۫ وَّاَنَا اَدْعُوْكُمْ اِلَى الْعَزِيْزِ الْغَفَّارِ ۝٤٢

৪৩। "নখোইনা কৌরি ঐবু নিন্দা তৌনবা অল্লাহবু অমসুং থৈজন্নবা মশরুক য়ামিন্নবা মঙোন্দা মদুগী মরমদা ঐ করিসু খঙবা লৈতে; তৌইগুম্বসুং ঐনা কৌরি নখোইবু পাঙ্গলবা (অমসুং) য়োনজ-কোকপিহৈবগী মায়কৈদা।

لَا جَرَمَ اَنَّمَا تَدْعُوْنَنِيْٓ اِلَيْهِ لَيْسَ لَهٗ دَعْوَةٌ فِي الدُّنْيَا وَلَا فِي الْاٰخِرَةِ وَاَنَّ مَرَدَّنَآ اِلَى اللّٰهِ وَاَنَّ الْمُسْرِفِيْنَ هُمْ اَصْحٰبُ النَّارِ ۝٤٣

৪৪। "তশেংবমক অদু-অদুগুম্বা (অরানবা লাইশিংগী মায়কৈ)দা নখোইনা কৌরিবদু ঐবু, মদুনা লৈতে হক মপু ওইবগী সংসার অসিদা নত্ত্রগা আখেরতদা; অমসুং ঐখোই শোয়দনমক হনজনগনি অল্লাহদা, অমসুং কা হেন্দোকপশিংদি ওইগনি মরাপশিং খাম্বি মৈগী।

فَسَتَذْكُرُوْنَ مَآ اَقُوْلُ لَكُمْ ۭ وَاُفَوِّضُ اَمْرِيْٓ اِلَى اللّٰهِ ۭ اِنَّ اللّٰهَ بَصِيْرٌ ۢ بِالْعِبَادِ ۝٤٤

৪৫। "মরমদুনা নখোইনা থুনমক নীংশিঙলক্কনি ঐনা হায়রিবসে নখোইদা। অদুগা ঐনা থাজদুনা শীন্নে ঐগী থবক অল্লাহদা। তশেংবমক, অল্লাহনা ইউ-উবনি মহাক্কী মনাইশিংবু।"

فَوَقٰىهُ اللّٰهُ سَيِّاٰتِ مَا مَكَرُوْا وَحَاقَ بِاٰلِ فِرْعَوْنَ سُوْٓءُ الْعَذَابِ ۝٤٥

৪৬। মরমদুনা অল্লাহনা ঙাকপিখি (অচুম্বা থাজবা) মহাকপু মখোইনা থৌরাংখিবা ফত্তবশিংদগী; অমসুং ফত্তবা চৈরাক দগুনা লাঙ্গোয় চনবিখি ফিরঔনগী মীশিংবু—

৪৭। খাস্বি মৈনা। মখোইবু ফৌবি মদুদা অয়ুক অমসুং নুমিদাংৱাই (খুদিংদা)। অদুগা নুমিৎ অদুদা (রায়েল বিচারগী) পুংফম লাকলবদা (যম পান্নবশিংদা হায়গনি ঃ) "হুনজল্লু ফিরঔনগী মীশিংবু শাথীবা রায়েল-চৈরাক্তা।"

ٱلنَّارُ يُعْرَضُونَ عَلَيْهَا غُدُوًّا وَعَشِيًّا ۖ وَيَوْمَ تَقُومُ ٱلسَّاعَةُ أَدْخِلُوٓا۟ ءَالَ فِرْعَوْنَ أَشَدَّ ٱلْعَذَابِ ﴿٤٦﴾

৪৮। অদুগা মখোই মহে-মহে ওনশন্নদুনা খৎনগনি মৈনুংদা, অশোনবশিংনা হায়গনি নাপল্লম্বশিংদা ঃ "তশেংবমক, ঐখোই ওইখি নখোইগী নতুং ইনবশিং ; মরমদুনা নখোইনা কোকহনবিগদ্রা ঐখোইগী মৈগী (চৈরাক্কী) শরুক খরদং ?"

وَإِذْ يَتَحَآجُّونَ فِى ٱلنَّارِ فَيَقُولُ ٱلضُّعَفَٰٓؤُا۟ لِلَّذِينَ ٱسْتَكْبَرُوٓا۟ إِنَّا كُنَّا لَكُمْ تَبَعًا فَهَلْ أَنتُم مُّغْنُونَ عَنَّا نَصِيبًا مِّنَ ٱلنَّارِ ﴿٤٧﴾

৪৯। নাপল্লম্বা মখোইদুনা পাওখুমগনি ঃ "(হৌজিক) ঐখোই পুম্নমক লৈরে মৈনুংদা অল্লাহনা রায়েল বিচার তৌবিখ্রে (মহাক্কী) মনাইশিংগী মরক্তা।"

قَالَ ٱلَّذِينَ ٱسْتَكْبَرُوٓا۟ إِنَّا كُلٌّ فِيهَآ إِنَّ ٱللَّهَ قَدْ حَكَمَ بَيْنَ ٱلْعِبَادِ ﴿٤٨﴾

৫০। অদুগা মৈনুংদা (চাক্কুনা) লৈবশিংনা হায়গনি যম পান্নবশিংদা ঃ "হায়জবিয়ু নখোইগী মপুদা খরা য়াংহনবিনবা ঐখোইগী দণ্ডিসে নুমিৎ অমদং।"

وَقَالَ ٱلَّذِينَ فِى ٱلنَّارِ لِخَزَنَةِ جَهَنَّمَ ٱدْعُوا۟ رَبَّكُمْ يُخَفِّفْ عَنَّا يَوْمًا مِّنَ ٱلْعَذَابِ ﴿٤٩﴾

৫১। মখোইনা পাওখুমগনি ঃ করি ! নখোইগী ধর্ম্ম পাওতাকপশিং লাকখিদব্রা নখোইদা তশেং-তশেংবা খুদমশিংগা লোয়ননা ? মখোইনা হায়গনি ঃ "অওইবমক (মখোই লাকখি)।" যম পান্নবশিংনা হায়গনি ঃ "অদু ওইরবদি, প্রার্থনা তৌ" তৈহিগুম্বসুং লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী প্রার্থনা (ঙসি) করিমতা কান্নরোই।

قَالُوٓا۟ أَوَلَمْ تَكُ تَأْتِيكُمْ رُسُلُكُم بِٱلْبَيِّنَٰتِ ۖ قَالُوا۟ بَلَىٰ ۚ قَالُوا۟ فَٱدْعُوا۟ ۗ وَمَا دُعَٰٓؤُا۟ ٱلْكَٰفِرِينَ إِلَّا فِى ضَلَٰلٍ ﴿٥٠﴾

৬ শুবা রুকূ

৫২। তশেংবমক ঐখোইনা তেংবাংবি ঐখোইগী ধর্ম্ম পাওতাকপশিংবু অমসুং অচুম্বা থাজবশিংবু, তাইবঙ পুন্সি খোঙফমদা অমসুং সাক্ষীশিং চোংথোক্কদবা নুমিত্তসু—

إِنَّا لَنَنصُرُ رُسُلَنَا وَٱلَّذِينَ ءَامَنُوا۟ فِى ٱلْحَيَوٰةِ ٱلدُّنْيَا وَيَوْمَ يَقُومُ ٱلْأَشْهَٰدُ ﴿٥١﴾

৫৩। নুমিৎ অদুদা অরানবা লম্বীনবশিং করিসু

يَوْمَ لَا يَنفَعُ ٱلظَّٰلِمِينَ مَعْذِرَتُهُمْ ۖ وَلَهُمُ ٱللَّعْنَةُ

وَلَهُمْ سُوْٓءُ الدَّارِ ﴿٥٢﴾

কান্নবা ফংলোই মখোইগী মরাল ঙাকপিনবা হায়জবনা, অমসুং মখোইগী মথক্তা সিরাপনি (অল্লাহগী) অমসুং মখোইগীদি ফত্তবা লৈফমনি (যম লৈবাক্তা)।

وَلَقَدْ اٰتَيْنَا مُوْسَى الْهُدٰى وَاَوْرَثْنَا بَنِيْٓ اِسْرَآءِيْلَ الْكِتٰبَ ﴿٥٣﴾

৫৪। অদুগা, তশেংবমক, ঐখোইনা পীখি মুসাদা লমজিং অমসুং ঐখোইনা ওইহনবিখি ইস্রাঈল মচাশিংবু স্বত্ব ফংবা (মুসাগী আইন) কিতাবকী—

هُدًى وَّذِكْرٰى لِاُولِى الْاَلْبَابِ ﴿٥٤﴾

৫৫। লমজিংনি অমসুং নীংশিঙহল্লিবা পোৎনি জ্ঞান চৈরোইনবা মীশিংগীদমক।

فَاصْبِرْ اِنَّ وَعْدَ اللّٰهِ حَقٌّ وَّاسْتَغْفِرْ لِذَنْۢبِكَ وَسَبِّحْ بِحَمْدِ رَبِّكَ بِالْعَشِيِّ وَالْاِبْكَارِ ﴿٥٥﴾

৫৬। মরমদুনা খাংবা কল্লু। তশেংবমক অল্লাহগী ৱাশক অচুম্বনি। অদুগা নং হঙ্গৎচৌ ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা ঙাকপিনবগী নংগী অশোনবা (অমদি পাংদবা মরম), অমসুং শোল্লু লাইশোল নংগী মপুবু থাগৎপগী নুমিদাংৱাইদা অমসুং অয়ুক্তা।

اِنَّ الَّذِيْنَ يُجَادِلُوْنَ فِيْٓ اٰيٰتِ اللّٰهِ بِغَيْرِ سُلْطٰنٍ اَتٰىهُمْ ۙ اِنْ فِيْ صُدُوْرِهِمْ اِلَّا كِبْرٌ مَّا هُمْ بِبَالِغِيْهِ ۚ فَاسْتَعِذْ بِاللّٰهِ ۗ اِنَّهٗ هُوَ السَّمِيْعُ الْبَصِيْرُ ﴿٥٦﴾

৫৭। অল্লাহগী পাওজেনশিংদা চীন্দান্নদুনা খৎনবা মখোইদু করিগুম্বা দলিল অমতা লৈতনা (মখোইগী মরৈদু চুম্মি হায়না প্রমাণ তৌনবগী), মখোইগী মথম্মোইনুংশিংদা করিসু লৈতে অচৌবা ওইনীংবগী (অপাম্বা) নত্তনা মদু মখোইনা কদৌঙৈদসু ফংলোই। মরমদুনা চঙজৌ অল্লাহদা (হায়জবা অমসুং থৌগলজবগা লোয়ননা)। তশেংবমক মহাক্তি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক উবনি।

لَخَلْقُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ اَكْبَرُ مِنْ خَلْقِ النَّاسِ وَلٰكِنَّ اَكْثَرَ النَّاسِ لَا يَعْلَمُوْنَ ﴿٥٧﴾

৫৮। তশেংবমক, স্বর্গ অমসুং পৃথিবী শেম্বনা হেন্না চাওবা (থবক)নি তাইবঙ মী শেম্বদগী, তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা খঙদে।

وَمَا يَسْتَوِى الْاَعْمٰى وَالْبَصِيْرُ ۙ وَالَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ وَلَا الْمُسِيْٓءُ ۗ قَلِيْلًا مَّا تَتَذَكَّرُوْنَ ﴿٥٨﴾

৫৯। অদুগা মান্নবা নত্তে মমিৎ তাংবগা অমসুং মমিৎ উবগা; নত্তগা অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা তৌবশিংগা (মান্নদে) ফত্তবা তৌবশিংগা। নখোই ৱাখল করিসু তৌদে।

৬০। পুংফমদু শোয়দনমক লাক্কনি, মদুগী মরমদা চিংনিনিঙঙাই করিসু লৈতে; তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা থাজদে (মদু)।

إِنَّ السَّاعَةَ لَآتِيَةٌ لَّا رَيْبَ فِيهَا وَلَٰكِنَّ أَكْثَرَ النَّاسِ لَا يُؤْمِنُونَ ﴿٦٠﴾

৬১। অদুগা নখোইগী মপুনা হায়ঃ প্রার্থনা তৌ ঐঙোন্দা, ঐনা পাওখুম্বিগনি নখোইদা। ঐগী থৌগল তৌবদা পোংথোক চাউথোকপা মখোইদু শোয়দনমক চঙগনি যম লৈবাক্তা, য়াম্না চোপ্পা।

وَقَالَ رَبُّكُمُ ادْعُونِي أَسْتَجِبْ لَكُمْ ۚ إِنَّ الَّذِينَ يَسْتَكْبِرُونَ عَنْ عِبَادَتِي سَيَدْخُلُونَ جَهَنَّمَ دَاخِرِينَ ﴿٦١﴾ ع

৭ শুবা রুকূ

৬২। অল্লাহ মহাকননি শেম্বিখিবা অহিংবু নখোইগী অরা-পোথানবগীদমক, অমসুং নুংথিলবু উনবগীদমক। তশেংবমক অল্লাহদি ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা চানবিহৈবনি তাইবঙ মীওইবশিংদা, তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা তৌবিমল খঙবা উত্তে।

اللَّهُ الَّذِي جَعَلَ لَكُمُ اللَّيْلَ لِتَسْكُنُوا فِيهِ وَالنَّهَارَ مُبْصِرًا ۚ إِنَّ اللَّهَ لَذُو فَضْلٍ عَلَى النَّاسِ وَلَٰكِنَّ أَكْثَرَ النَّاسِ لَا يَشْكُرُونَ ﴿٦٢﴾

৬৩। অসিগুম্বনি অল্লাহদু, নখোইগী মপুনি, লৈশেম-নুংশেম্বনি পোৎ পুম্নমক্কী। লৈতে চীঙু লাই কনামতা মহাক নত্তবা। করম্না নখোই নমায় ওথোকলিবা (মহাক্কী থৌগল তৌবদগী)?

ذَٰلِكُمُ اللَّهُ رَبُّكُمْ خَالِقُ كُلِّ شَيْءٍ لَّا إِلَٰهَ إِلَّا هُوَ ۖ فَأَنَّىٰ تُؤْفَكُونَ ﴿٦٣﴾

৬৪। অসুম্না মমায় ওথোকখ্রে অল্লাহগী পাওজেনশিং য়াদবা মখোইদু (মানা মানা নীংবগী মতুংইন্না)।

كَذَٰلِكَ يُؤْفَكُ الَّذِينَ كَانُوا بِآيَاتِ اللَّهِ يَجْحَدُونَ ﴿٦٤﴾

৬৫। অল্লাহ মহাকননি শেম্বিখিবা পৃথিবীবু নখোইগী পোথাফম ওইনা, অমসুং স্বর্গবু চন্দুরা ওইনা, অমসুং তমখি নখোইগী মওং-মতৌ অমসুং শেমখি নখোইগী মওং-মতৌশিংদু ফজনা, অমসুং পীবিখি নখোইদা অফবা পোৎশিং চান (থক্ক)বগী। অসিগুম্বা (পীনহৈবনি) অল্লাহদু, নখোইগী মপুনি। মরমদুনা য়াইফখোল লৈবনি অল্লাহদি, মপুনি সংসার পুম্নমক্কী।

اللَّهُ الَّذِي جَعَلَ لَكُمُ الْأَرْضَ قَرَارًا وَالسَّمَاءَ بِنَاءً وَصَوَّرَكُمْ فَأَحْسَنَ صُوَرَكُمْ وَرَزَقَكُمْ مِّنَ الطَّيِّبَاتِ ۚ ذَٰلِكُمُ اللَّهُ رَبُّكُمْ ۖ فَتَبَارَكَ اللَّهُ رَبُّ الْعَالَمِينَ ﴿٦٥﴾

৬৬। মহাক্তি অহিংবনি। লৈতে চীঙু লাই কনামতা মহাক নত্তবা। মরমদুনা খুরুম খাজংও মহাকপু, পুকচেন শেংনা হায়বা ইন্দুনা মঙোন্দা। (অদুগা হায়য়ু ঃ) থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহগীনি, মপুনি সংসার পুম্নমক্কী।

هُوَ الْحَيُّ لَا إِلَٰهَ إِلَّا هُوَ فَادْعُوهُ مُخْلِصِينَ لَهُ الدِّينَ ۗ الْحَمْدُ لِلَّهِ رَبِّ الْعَالَمِينَ ﴿٦٦﴾

৬৬। হায়য়ু ঃ "তশেংবমক ঐবু থিংবিখ্রে থৌগল তৌবা নখোইনা কৌজরিবা অল্লাহ নত্তবা মখোইদু, তশেংবা দলিল লাকখ্রবদা ঐঙোন্দা ঐগী মপুদগী ; অমসুং ঐবু হুকুম তৌবিখ্রে চঙজনবগী মপুদা সংসার পুম্নমক্কী।"

قُلْ إِنِّي نُهِيتُ أَنْ أَعْبُدَ الَّذِينَ تَدْعُونَ مِنْ دُونِ اللَّهِ لَمَّا جَاءَنِيَ الْبَيِّنَاتُ مِنْ رَبِّي وَأُمِرْتُ أَنْ أُسْلِمَ لِرَبِّ الْعَالَمِينَ ۝٦٦

৬৭। মহাকনা শেম-শাবিখি নখোইবু (অহানবদা) উফুলদগী, অদুগী তুংদা (অঙাং শানবা নিপাগী) মহীক অমদগী, অদুগী তুংদা ফমজল্লবা ঈ মতুম অমদগী, অদুগী তুংদা মহাকনা পুথোরকখি নখোইবু অঙাং মচা পিশক ওইনা ; অদুগী তুংদা (মহাকনা) চাওহনবি নখোইবু মপুং-মরৈ ফানা, অদুগী তুংদা (মহাকনা) নখোইবু হনু চনহল্লি ; অমসুং নখোইগী মরক্তা খরনা (মতম চাদনা) শিরবসু, অদুনা নখোইনা য়ৌবা য়ানবা লেপখিবা মতম (নখোইগী পুন্সিগী) অমসুং নখোইনা ফংজনবা জ্ঞান।

هُوَ الَّذِي خَلَقَكُمْ مِنْ تُرَابٍ ثُمَّ مِنْ نُطْفَةٍ ثُمَّ مِنْ عَلَقَةٍ ثُمَّ يُخْرِجُكُمْ طِفْلًا ثُمَّ لِتَبْلُغُوا أَشُدَّكُمْ ثُمَّ لِتَكُونُوا شُيُوخًا ۚ وَمِنْكُمْ مَنْ يُتَوَفَّىٰ مِنْ قَبْلُ ۖ وَلِتَبْلُغُوا أَجَلًا مُسَمًّى وَلَعَلَّكُمْ تَعْقِلُونَ ۝٦٧

৬৮। মহাকননি হিংহল্লিবা অমসুং শিহল্লিবা। অদুগা মহাকনা নোংদম্বদা করিগুম্বা পোৎ অমা, মহাকনা অসিতা হায় মদুদা ঃ "ওইয়ু !" অমসুং মদু হেক্তমক ওই।

هُوَ الَّذِي يُحْيِي وَيُمِيتُ ۖ فَإِذَا قَضَىٰ أَمْرًا فَإِنَّمَا يَقُولُ لَهُ كُنْ فَيَكُونُ ۝٦٨

৮ শুবা রুকূ

৬৯। নং উদব্রা অদুগুম্বা মীওইশিংদু মখোইনা চীন্দায়দুনা খৎনরিবদু অল্লাহগী পাওজেনশিংগী মরমদা ? করম্না মখোই মমায় ওথোকলিবনো (অচুম্বদগী) ?

أَلَمْ تَرَ إِلَى الَّذِينَ يُجَادِلُونَ فِي آيَاتِ اللَّهِ أَنَّىٰ يُصْرَفُونَ ۝٦٩

৭০। অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা য়াদবাকিতাববু অমসুং (অতৈ কিতাবশিং) থাখিবদু ঐখোইগী (অরিবা) ধর্ম্ম পাওতাকপশিংদা, থুনা খঙলক্কনি (মখোইগী অরানবা) ;

الَّذِينَ كَذَّبُوا بِالْكِتَابِ وَبِمَا أَرْسَلْنَا بِهِ رُسُلَنَا ۖ فَسَوْفَ يَعْلَمُونَ ۝٧٠

৭১। য়োৎকী হুইকং থাংলবদা মখোইগী মঙকশামশিংদা অমসুং য়োৎলৌ কোলৌ (থুজিন্দুনা) মখোইবু শোরো-শোরো চিংলবদা,

إِذِ الْأَغْلَالُ فِي أَعْنَاقِهِمْ وَالسَّلَاسِلُ يُسْحَبُونَ ۝٧١

فِي الْحَمِيمِ ثُمَّ فِي النَّارِ يُسْجَرُونَ ۝٧٢

৭৩। ব্রং-ক্রুং শৌবা ঈশিংদা; অদুগী তুংদা খাম্বি মৈনুংদা মখোইবু চাকথেকহনবিগনি।

ثُمَّ قِيلَ لَهُمْ أَيْنَ مَا كُنتُمْ تُشْرِكُونَ ۝٧٣

৭৪। অদুগী তুংদা মখোইদা অসি হায়বিগনিঃ "কদায়দা লৈখ্রবগে নখোইনা হায়জিল্লম্বদু মশরুক য়ামিন্নবশিংনি।

مِن دُونِ اللَّهِ ۖ قَالُوا ضَلُّوا عَنَّا بَل لَّمْ نَكُن نَّدْعُو مِن قَبْلُ شَيْئًا ۚ كَذَٰلِكَ يُضِلُّ اللَّهُ الْكَافِرِينَ ۝٧٤

৭৫। "অল্লাহবু থাদোক্কুনা?" মখোইনা পাওখুমগনিঃ "মখোই মাঙখ্রে ঐখোইদগী। নত্তে, ঐখোইনা কৌজখিদরি (অল্লাহ নত্তবা) কনামতবু মমাংঙৈদা।" অসুম্না অল্লাহনা বুদ্ধি তাহন্দে লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু।

ذَٰلِكُم بِمَا كُنتُمْ تَفْرَحُونَ فِي الْأَرْضِ بِغَيْرِ الْحَقِّ وَبِمَا كُنتُمْ تَمْرَحُونَ ۝٧٥

৭৬। মসিগী মরমদি নখোইনা (নাপল মিত্তাংনদুনা) থোইনমক হরাওরম্মী মালেমথক্তা অচুম-অরান করিসু য়েংদনা অমসুং নখোই লমকেৎ-লমহাইরম্মী।

ادْخُلُوا أَبْوَابَ جَهَنَّمَ خَالِدِينَ فِيهَا ۖ فَبِئْسَ مَثْوَى الْمُتَكَبِّرِينَ ۝٧٦

৭৭। (হৌজিক) নখোই চঙলো নরক্কী থোংশিংদা, লৈনবা মদুগী মনুংদা। ফত্তবনি লৈফমদু অথোই-নাপলনবশিংগী।

فَاصْبِرْ إِنَّ وَعْدَ اللَّهِ حَقٌّ ۚ فَإِمَّا نُرِيَنَّكَ بَعْضَ الَّذِي نَعِدُهُمْ أَوْ نَتَوَفَّيَنَّكَ فَإِلَيْنَا يُرْجَعُونَ ۝٧٧

৭৮। মরমদুনা অরাবা খাঙজু, তশেংবমক অল্লাহগী ৱাশক অচুম্বনি। ঐখোইনা উহল্লবসু নংবু (নপুন্সি খোঙফমদা) শরুক খরা (ৱায়েল-চৈরাক্কী) ঐখোইনা ৱাশকপিখিবদু মখোইদা, নত্ত্রগা ঐখোইনা শিহল্লবসু নংবু (ঐখোইগী ৱাশক পুরা তৌদরিঙৈ মমাংদা), ঐখোইদা মখোই ওইগে হায়বমখৈ ওইরবসু হল্লক্কদবনি (মখোইগী থবকশিংগী মহৈ লোকচনবগী)।

وَلَقَدْ أَرْسَلْنَا رُسُلًا مِّن قَبْلِكَ مِنْهُم مَّن قَصَصْنَا عَلَيْكَ وَمِنْهُم مَّن لَّمْ نَقْصُصْ عَلَيْكَ ۗ وَمَا كَانَ لِرَسُولٍ أَن يَأْتِيَ بِآيَةٍ إِلَّا بِإِذْنِ اللَّهِ ۚ فَإِذَا جَاءَ

৭৯। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা থাখি ধর্ম্ম পাওতাকপশিং নংগী মমাংদা, মখোইগী মরক্তগী খরা ঐখোইনা হায়ফেৎ পনবিখ্রে নংঙোন্দা, অমসুং মখোইগী মরক্তা-অতোপ্পা খরদি ঐখোইনা পনবিদ্রে নংঙোন্দা। অদুগা ধর্ম্ম পাওতাকপা মীগী মতিক নত্তে খুদম অমা হেক্তমক পুরকপা অল্লাহগী ময়াথং নত্তনা; মরমদুনা অল্লাহগী হুকুম লাকলবা মতমদা, ৱায়েল বিচার

ع أَمْرُ اللَّهِ قُضِيَ بِالْحَقِّ وَخَسِرَ هُنَالِكَ الْمُبْطِلُونَ ﴿٧٩﴾

তৌবি অচুম-অরান কায়দনা অমসুং য়াথং রাপে হায়বশিং অমুক্তোয়না তুম-তাকই।

৯ শুবা রুকূ

اللَّهُ الَّذِي جَعَلَ لَكُمُ الْأَنْعَامَ لِتَرْكَبُوا مِنْهَا وَمِنْهَا تَأْكُلُونَ ﴿٨٠﴾

৮০। অল্লাহ মহাকননি শেম্বিখিবা যুমশাশিংবু নখোইগীদমক্তা, অদুনা নখোইনা তোংনবা মখোইগী মরক্তগী খরদা অমসুং চানবা মখোই খর (গী শদোং)বু,

وَلَكُمْ فِيهَا مَنَافِعُ وَلِتَبْلُغُوا عَلَيْهَا حَاجَةً فِي صُدُورِكُمْ وَعَلَيْهَا وَعَلَى الْفُلْكِ تُحْمَلُونَ ﴿٨١﴾

৮১। অদুগা নখোইগী লৈ (অতোপ্পা) কান্নবশিং মখোইদা, অমসুং মখোইবু ওইনৈ নখোইগী পুকনিংগী অনীংবা পাংথোকনিঙঙাই; অমসুং মখোইগী মথক্তা নখোইবু পুদুনা চৎলি (কংফান্দা) অমসুং জহাজগী মথক্তা (ঈশিংদা)।

وَيُرِيكُمْ آيَاتِهِ فَأَيَّ آيَاتِ اللَّهِ تُنْكِرُونَ ﴿٨٢﴾

৮২। অদুগা মহাকনা উহল্লি নখোইবু (অতোপ্পা) খুদমশিং মহাক্কী। করম-করম্বা অল্লাহগী খুদম-শিংবুনো নখোইনা য়ারোইদৌরিবা ?

أَفَلَمْ يَسِيرُوا فِي الْأَرْضِ فَيَنْظُرُوا كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الَّذِينَ مِنْ قَبْلِهِمْ كَانُوا أَكْثَرَ مِنْهُمْ وَأَشَدَّ قُوَّةً وَآثَارًا فِي الْأَرْضِ فَمَا أَغْنَىٰ عَنْهُمْ مَا كَانُوا يَكْسِبُونَ ﴿٨٣﴾

৮৩। মখোইনা কোয়দব্রা পৃথিবী অমসুং য়েংদব্রা মখোইগী মমাংদা লৈরম্বশিংগী পোল্লোই করি ওইখিবা ? মখোইনা মশিং য়াম্বা হেনখি মখোইসিদগী, অমসুং হেনখি যপাঙ্গলসু অমসুং খুদমশিং (চাওখৎ খোঙথাংগী মখোইনা থরম্বা)সু মালেমথক্তা। তৌইগুম্বসুং মখোইনা তৌরম্বা পুম্নমক অদুনা করিসু কান্নহনখিদে মখোইবু (মখোইগী প্রলয়গী নুমিত্তা)।

فَلَمَّا جَاءَتْهُمْ رُسُلُهُمْ بِالْبَيِّنَاتِ فَرِحُوا بِمَا عِنْدَهُمْ مِنَ الْعِلْمِ وَحَاقَ بِهِمْ مَا كَانُوا بِهِ يَسْتَهْزِئُونَ ﴿٨٤﴾

৮৪। অদুগা মখোইগী ধর্ম্ম পাওতাকপশিং লাকখিবা মতমদা মখোইদা তশেংবা (ধর্ম্ম শন্দোক্লবগী) খুদমশিংগা লোয়নন্না, মখোইনা হরাওখি মখোইগী (হান্না লৈজরম্বা মপুংফাদবা) জ্ঞান্দা; অমসুং মখোইনা (নাতৈ উতৈ চাদনা) করেম্নরম্বা অদুনা লাঙ্গোয় চনখি মখোইবু।

فَلَمَّا رَأَوْا بَأْسَنَا قَالُوا آمَنَّا بِاللَّهِ وَحْدَهُ وَكَفَرْنَا بِمَا

৮৫। মরমদুনা মখোইনা উখিবা মতমদা ঐখোইগী রায়েল-চৈরাক মখোইনা হায়খি: "ঐখোইনা থাজরে অল্লাহবু অমসুং ঐখোইনা য়াদ্রে

كُنَّا بِهٖ مُشْرِكِيْنَ ﴿٨٤﴾

(অমসুং থাদোকচরে) ঐখোইনা থৈজিল্লম্বশিংদু মণ্ডোন্দা।"

فَلَمْ يَكُ يَنْفَعُهُمْ اِيْمَانُهُمْ لَمَّا رَاَوْا بَاْسَنَا ۗ سُنَّتَ اللّٰهِ الَّتِىْ قَدْ خَلَتْ فِىْ عِبَادِهٖ ۚ وَخَسِرَ هُنَالِكَ الْكٰفِرُوْنَ ﴿٨٥﴾

৮৬। তৌইগুম্বসুং মখোইগী থাজবনা কান্নহনখিদে মখোইবু (মতমদুদা) মখোইনা উখিবদা ঐখোইগী রায়েল-চৈরাক। মসি অল্লাহগী রায়েলনি (মতমলৈবা খিবিক্তা) চৎনরকলিবা মহাক্কী মনাইশিংগী মরমদা। অসুম্না মাঙ-তাকখি লমফৈ- খোঙফম্নবশিংদু॥




হা-মীম সজদহ সূরহ ৪১

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৫৫ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ﴿١﴾

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

حٰمٓ ﴿٢﴾

২। থাগৎপদা মতিক চাখ্রবা, অচৌবা ইজ্জতকী মপু (হমীদ মজীদ)।

تَنْزِيْلٌ مِّنَ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ﴿٣﴾

৩। (মসি) ফোংদোকপিরকপনি থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবদগী।

كِتٰبٌ فُصِّلَتْ اٰيٰتُهٗ قُرْاٰنًا عَرَبِيًّا لِّقَوْمٍ يَّعْلَمُوْنَ ﴿٤﴾

৪। কিতাব অমনি, মদুগী প্রোকশিং মাচা খায়না তাকলবনি, অরবী কুরআননি (তাকপি-তীকপিনবগী) অখঙবা মীশিংবু।

بَشِيْرًا وَّنَذِيْرًا ۚ فَاَعْرَضَ اَكْثَرُهُمْ فَهُمْ لَا يَسْمَعُوْنَ ﴿٥﴾

৫। হরাওবা পাওতাকপনি অমসুং চেকশনহন্নবগী পাওমেনবনি (জ্ঞাতি পুম্নমক্তা); তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা মমায় ওথোকই (মসিদগী), মরমদুনা মখোইনা তাদে (মসিনা হায়বদু)।

وَقَالُوْا قُلُوْبُنَا فِيْٓ اَكِنَّةٍ مِّمَّا تَدْعُوْنَآ اِلَيْهِ

৬। অদুগা মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইগী থম্মোইশিং ফিরুক খুমথ্রে (অমসুং থওইবিদ্রে) নংনা বারতোন তৌরিবদু ঐখোইবু, অমসুং

وَفِىٓ ءَاذَانِنَا وَقْرٌ وَمِنۢ بَيْنِنَا وَبَيْنِكَ حِجَابٌ فَٱعْمَلْ إِنَّنَا عَٰمِلُونَ ۝٦

ঐখোইগী নাকোংশিং পঙশিনখ্রে; অমসুং নং অমসুং ঐখোইগী মরক্তা পর্দা অমা লৈরে। মরমদুনা নং তৌ নংগী থবক, অমসুং ঐখোই(সু) তৌরি (ঐখোইগী অপাম্বগী মতুংইন্না)।

قُلْ إِنَّمَآ أَنَا۠ بَشَرٌ مِّثْلُكُمْ يُوحَىٰٓ إِلَىَّ أَنَّمَآ إِلَٰهُكُمْ إِلَٰهٌ وَٰحِدٌ فَٱسْتَقِيمُوٓا۟ إِلَيْهِ وَٱسْتَغْفِرُوهُ ۗ وَوَيْلٌ لِّلْمُشْرِكِينَ ۝٧

৭। হায়য়ু ঃ "ঐসু মীনি নখোইগুম্বা। ঐঙোন্দা ফোংদোকপিখ্রে মদুদি নখোইগী চীঙু লাইদি খুদা অমতনি (অনি শুদে); মরমদুনা চুমদ্রিং ওনশল্লু মঙোন্দা (করিসু নীংজিং-মাংজিংনদনা), অমসুং হঙ্গৎচৌ মঙোন্দা অয়োন-অরান ঙাকপিনবগী।" অদুগা লায়বক থীদা লাইয়াম থাজবশিংদো!

ٱلَّذِينَ لَا يُؤْتُونَ ٱلزَّكَوٰةَ وَهُم بِٱلْءَاخِرَةِ هُمْ كَٰفِرُونَ ۝٨

৮। মখোইনা পীদে 'জকাত' (কী দান) অমসুং মখোইনা য়াদে শিরবা মতুংগী পুন্সি।

إِنَّ ٱلَّذِينَ ءَامَنُوا۟ وَعَمِلُوا۟ ٱلصَّٰلِحَٰتِ لَهُمْ أَجْرٌ غَيْرُ مَمْنُونٍ ۝٩

৯। তশেংবমক (অচুম্বা) থাজবা অমসুং অফবা লম্বীনবা মখোইদু ফংগনি (অচৌবা) মনা-মথিন মদু কদৌঙেদসু লোম্বা নাইরোয়।

২ শুবা রুকূ

قُلْ أَئِنَّكُمْ لَتَكْفُرُونَ بِٱلَّذِى خَلَقَ ٱلْأَرْضَ فِى يَوْمَيْنِ وَتَجْعَلُونَ لَهُۥٓ أَندَادًا ۚ ذَٰلِكَ رَبُّ ٱلْعَٰلَمِينَ ۝١٠

১০। হায়য়ু ঃ "নখোইনা তশেংনমক থাজদব্রা মহাকপু — মহাকনা শেমখি পৃথিবীসে মতম অনিদা? অদুগা নখোইনা পুথোকপরা মহাক্কা শরুক য়াম্নিন্নবশিং?" মহাক মপুনি সংসার পুম্নমক্কী।

وَجَعَلَ فِيهَا رَوَٰسِىَ مِن فَوْقِهَا وَبَٰرَكَ فِيهَا وَقَدَّرَ فِيهَآ أَقْوَٰتَهَا فِىٓ أَرْبَعَةِ أَيَّامٍ سَوَآءً لِّلسَّآئِلِينَ ۝١١

১১। অদুগা মহাকনা থম্বি মদুগী মনুংদা চীংদুম অমসুং চীংশাংশিং রাংনা থিনগৎহন্দুনা মাগী লৈমায়থক্তা, অমসুং নুংঙাইহনবি মদু (মরাং-কায়না), অমসুং শেম শাদুনা থম্বি মদুগী মনুংদা মাগী চিঞ্জাকশিং চাং চপচানা (অতোপ্পা) মতম মরিদা—মান্ননা অথিবা পুম্নমক্কী।

ثُمَّ ٱسْتَوَىٰٓ إِلَى ٱلسَّمَآءِ وَهِىَ دُخَانٌ فَقَالَ لَهَا وَلِلْأَرْضِ ٱئْتِيَا طَوْعًا أَوْ كَرْهًا قَالَتَآ أَتَيْنَا طَآئِعِينَ ۝١٢

১২। অদুগী তুংদা মহাকনা মপুকনিং ওনশনখি (শেম্নবগী) কোরৌ নোংমদোল অমসুং মদু ওইরম্মী মৈখুগুম, অমসুং হায়খি মদুদা অমসুং পৃথিবীদা ঃ "লাকও নখোই অনিমক নশানা য়ানীংদুনা নত্রগা য়ানীংদদুনা।" মখোইনা পাওখুমখি ঃ "ঐখোই লাকচরে ইশানা য়ানীংদুনা।"

فَقَضٰهُنَّ سَبْعَ سَمٰوٰتٍ فِىْ يَوْمَيْنِ وَ اَوْحٰى فِىْ كُلِّ سَمَآءٍ اَمْرَهَا ؕ وَزَيَّنَّا السَّمَآءَ الدُّنْيَا بِمَصَابِيْحَ ۖ وَحِفْظًا ؕ ذٰلِكَ تَقْدِيْرُ الْعَزِيْزِ الْعَلِيْمِ ﴿١٢﴾

১৩। মরমদুনা মহাকনা পুরা তৌখি মখোইবু স্বর্গ তরেৎ মতম অনিদা অমসুং মহাকনা ফোংদোকপিখি স্বর্গ খুদিংদা মাগী-মাগী থবক। অদুগা ঐখোইনা লৈতেংবিখি মখা ইথং-থংবা স্বর্গবু থাওমৈশিংনা অমসুং ঙাকপিখি মদুবু (শৈতানশিংদগী)। মদু হুকুমনি পাঙ্গলবা, পোৎ পুম্নমক খঙবগী।

فَاِنْ اَعْرَضُوْا فَقُلْ اَنْذَرْتُكُمْ صٰعِقَةً مِّثْلَ صٰعِقَةِ عَادٍ وَّثَمُوْدَ ﴿١٣﴾

১৪। তৌইগুম্বসুং মখোইনা মমায় ওথোকলবদি, অদুগী মতমদা হায়য়ু ঃ "ঐনা চেকশন্নবা হায়বিরিবনি নখোইবু মাঙ-তাক্লবগী মশক ওইবা চৈরাক অমগী আদ অমসুং সমূদদা থাবিখিবা চৈরাকগুম্বা।

اِذْ جَآءَتْهُمُ الرُّسُلُ مِنْۢ بَيْنِ اَيْدِيْهِمْ وَمِنْ خَلْفِهِمْ اَلَّا تَعْبُدُوْٓا اِلَّا اللّٰهَ ؕ قَالُوْا لَوْ شَآءَ رَبُّنَا لَاَنْزَلَ مَلٰٓئِكَةً فَاِنَّا بِمَآ اُرْسِلْتُمْ بِهٖ كٰفِرُوْنَ ﴿١٤﴾

১৫। য়েংউ! ধর্ম্ম পাওতাকপা মীশিং লাকখি মখোইদা মখোইগী মমাংদগী অমসুং মতুংদগী (অসি হায়দুনাঃ) "কনাগীসু থৌগল তৌগনু অল্লাহগী নত্তনা!" মখোইনা পাওখুমখিঃ "ঐখোইগী মপুনা করিগুম্বা তৌবিনীংলমলবদি, মহাকনা শোয়দনমক থাবিরমগনি স্বর্গ দুতশিংবু (ঐখোইদা)। মরমদুনা ঐখোইনা থাজবিদ্রে নংঙোন্দা শীন্নদুনা থারকলিবা অদু।"

فَاَمَّا عَادٌ فَاسْتَكْبَرُوْا فِى الْاَرْضِ بِغَيْرِ الْحَقِّ وَقَالُوْا مَنْ اَشَدُّ مِنَّا قُوَّةً ؕ اَوَلَمْ يَرَوْا اَنَّ اللّٰهَ الَّذِىْ خَلَقَهُمْ هُوَ اَشَدُّ مِنْهُمْ قُوَّةً ؕ وَكَانُوْا بِاٰيٰتِنَا يَجْحَدُوْنَ ﴿١٥﴾

১৬। আদ কাঙলুপদু নাপল-লুথোংনখি (মখোইগী) মরমদমদা ইচুম-চুমদনা অমসুং হায়খি (মিৎফম-শুক্তোক্লবা রাহৈশিংনা)ঃ "কনানো ঐখোইদগী হেন্না চাওবা পাঙ্গলদা?" মখোই উদব্রা অল্লাহ, মখোইবু শেম-শাবিখিবা, না চাওবা হেল্লি মখোইদগী পাঙ্গলদা? অদুগা মখোইনা য়াখিদে ঐখোইগী পাওজেনশিং।

فَاَرْسَلْنَا عَلَيْهِمْ رِيْحًا صَرْصَرًا فِىْٓ اَيَّامٍ نَّحِسَاتٍ لِّنُذِيْقَهُمْ عَذَابَ الْخِزْىِ فِى الْحَيٰوةِ الدُّنْيَا ؕ وَلَعَذَابُ الْاٰخِرَةِ اَخْزٰى وَهُمْ لَا يُنْصَرُوْنَ ﴿١٦﴾

১৭। মরমদুনা ঐখোইনা থাবিখি মখোইগী মথক্তা অকিবগী মশক ওইবা নুংশিৎ অমা লায়বকথীবা নুমিৎশিংদা, অদুনা ঐখোইনা মহাউ তংহন্নবগী মখোইবু ঈকাইবগী চৈরাক তাইবঙ পুন্সি খোঙফমদা। অদুগা শিরবা মতুংগী পুন্সিগী চৈরাকনা হেনগনি ঈকাইবা অমসুং মখোইবু মতেং (করিসু) পাংবিরোই।

وَاَمَّا ثَمُوْدُ فَهَدَيْنٰهُمْ فَاسْتَحَبُّوا الْعَمٰى عَلَى الْهُدٰى فَاَخَذَتْهُمْ صٰعِقَةُ الْعَذَابِ الْهُوْنِ بِمَا كَانُوْا يَكْسِبُوْنَ ﴿١٧﴾

১৮। অদুগা সমূদশিংদা ঐখোইনা পীখি লমজিং, তৌইগুম্বসুং মখোইনা হেন্না পামখি (থম্মোই) মমিং তাংদুনা লৈবা লমজিং ফংবগী মহুত্তা; মরমদুনা! নাকোং য়েশনহন্নবগী চৈরাক অমনা (তান্নদুনা) ফাখি মখোইবু, মখোইনা তৌখিবগী মতুংইন্না;

وَنَجَّيْنَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَكَانُوْا يَتَّقُوْنَ ﴿١٨﴾ ع

১৯। তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা কনবিখি অচুম্বা থাজখিবা অমসুং ধর্ম্ম ফম্বৈনখিবা মখোইদু।

৩ শুবা রুকূ

وَيَوْمَ يُحْشَرُ اَعْدَاۤءُ اللّٰهِ اِلَى النَّارِ فَهُمْ يُوْزَعُوْنَ ﴿١٩﴾

২০। অদুগা নুমিৎ অদুদা অল্লাহগী য়েক্কবশিংবু পুল্লপ্লা খোমজনবিগনি (অমসুং হোইজনবিগনি) খাম্বি মৈদা, মখোইবু চৎহনবিগনি পরেং নাইনা তোঙান-তোঙানবা খুৎপু খোক্লা;

حَتّٰۤى اِذَا مَا جَاۤءُوْهَا شَهِدَ عَلَيْهِمْ سَمْعُهُمْ وَاَبْصَارُهُمْ وَجُلُوْدُهُمْ بِمَا كَانُوْا يَعْمَلُوْنَ ﴿٢٠﴾

২১। অসি য়ৌবফাওবা, মখোইনা থুংবদা মদুদা, মখোইগী মনাকোংশিং অমসুং মখোইগী মমিৎশিং অমসুং মখোইগী মউনশিংনা সাক্ষী পীগনি মখোইগী মায়োক্তা মখোইনা তৌখিবা (থবক)শিংগী।

وَقَالُوْا لِجُلُوْدِهِمْ لِمَ شَهِدْتُّمْ عَلَيْنَا ۗ قَالُوْۤا اَنْطَقَنَا اللّٰهُ الَّذِيْۤ اَنْطَقَ كُلَّ شَيْءٍ وَّهُوَ خَلَقَكُمْ اَوَّلَ مَرَّةٍ وَّاِلَيْهِ تُرْجَعُوْنَ ﴿٢١﴾

২২। অদুগা মখোইনা হায়গনি মখোইগী উনশাশিংদাঃ "করিগী নখোই সাক্ষী পীবগে ঐখোইগী মায়োক্তা?" মখোইনা হায়গনি (পাওখুমদা)ঃ "অল্লাহনা ব্রা ঙাঙহল্লি ঐখোইবু মহাকনা ব্রা ঙাঙহনবিবগুম্না পোৎ খুদিংমকপু (মাগী-মাগী হৌনশা-মতুংইন্না)। মহাকননি শেমখিবা নখোইবু অহানবদা অমসুং মঙোন্দা নখোই (হৌজিক) হল্লকপনি।

وَمَا كُنْتُمْ تَسْتَتِرُوْنَ اَنْ يَّشْهَدَ عَلَيْكُمْ سَمْعُكُمْ وَلَاۤ اَبْصَارُكُمْ وَلَا جُلُوْدُكُمْ وَلٰكِنْ ظَنَنْتُمْ اَنَّ اللّٰهَ لَا يَعْلَمُ كَثِيْرًا مِّمَّا تَعْمَلُوْنَ ﴿٢٢﴾

২৩। "অদুগা নখোই করিসু কিরমদে (পাপ তৌবদা) মদুদি নখোইগী নাকোংশিংনা অমসুং নখোইগী মিৎশিংনা অমসুং নখোইগী উনশাশিংনা সাক্ষী পীগনি নখোইগী মায়োক্তা; তৌইগুম্বসুং নখোইনা খল্লম্মী মদুদি অল্লাহনা খঙখিদে অয়াম্বা নখোইনা তত্তনা তৌরম্বদু।

وَذٰلِكُمْ ظَنُّكُمُ الَّذِيْ ظَنَنْتُمْ بِرَبِّكُمْ اَرْدٰىكُمْ

২৪। "অদুগা নখোইগী ব্রাখল নখোইনা খল্লম্বা অদুনা নখোইগী মপুগী মরমদা, লৈখা তাহনবিখ্রে

فَأَصْبَحْتُمْ مِّنَ الْخٰسِرِيْنَ ﴿٢٣﴾

নখোইবু। মরমদুনা (হৌজিক) নখোই য়াওখ্রে অমাঙবা শরুক্লখিবশিংগী মরক্তা।"

فَإِنْ يَّصْبِرُوْا فَالنَّارُ مَثْوًى لَّهُمْ وَإِنْ يَّسْتَعْتِبُوْا فَمَا هُمْ مِّنَ الْمُعْتَبِيْنَ ﴿٢٤﴾

২৫। হৌজিক মখোইনা খাংবা ঙমলবদি, খান্বি মৈদনি মখোইগী লৈফম; অমসুং মখোইনা হায়জরবসু ঙাকপিনবগী, মখোই ওইদ্রে ঙাকপিবা য়াবা মীওইশিং।

وَقَيَّضْنَا لَهُمْ قُرَنَاءَ فَزَيَّنُوْا لَهُمْ مَّا بَيْنَ أَيْدِيْهِمْ وَمَا خَلْفَهُمْ وَحَقَّ عَلَيْهِمُ الْقَوْلُ فِيْٓ أُمَمٍ قَدْ خَلَتْ مِنْ قَبْلِهِمْ مِّنَ الْجِنِّ وَالْإِنْسِ إِنَّهُمْ كَانُوْا خٰسِرِيْنَ ﴿٢٥﴾

২৬। অদুগা ঐখোইনা পীখি মখোইগীদমক (শৈতানশিং) মরূপলেংতিন্নবশিং ওইনা—মখোইনা উহনবিখি মখোইদা ফজবা (অমসুং অশেংবা) ওইনা মখোইগী মমাংদা অমসুং মখোইগী মতুংদা লৈরম্বদু; মরমদুনা (অল্লাহগী) ৱায়েল-চৈরাক্কী হুকুম অচুম্বা ওইখি মখোইগী মথক্তা লোয়ননা মখোইগী মমাংদা লৈরম্বা জিনশিং অমসুং মীগী জাতশিংগা। তশেংবমক, মখোই অমাঙবা খোঙফম্নখ্রবশিংনি।

৪ শুবা রুকূ

وَقَالَ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا لَا تَسْمَعُوْا لِهٰذَا الْقُرْاٰنِ وَالْغَوْا فِيْهِ لَعَلَّكُمْ تَغْلِبُوْنَ ﴿٢٦﴾

২৭। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা হায়ঃ "তারুগনু কুরআন অসিদা, তৌইগুম্বসুং থুগায়য়ু লাউ-খোংদুনা (মদু থীথদুনা তাহনবা মতমদা) অদুনা নখোইনা লাকহৎনবা (মাগী পাওজেন . নখোইগী নোক্লবা ৱাতা অমসুং খোল হৌনা নোক-খেবনা)।

فَلَنُذِيْقَنَّ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا عَذَابًا شَدِيْدًا وَّلَنَجْزِيَنَّهُمْ أَسْوَأَ الَّذِيْ كَانُوْا يَعْمَلُوْنَ ﴿٢٧﴾

২৮। মরমদুনা ঐখোইনা শোয়দনমক মহাউ তংহনবিগনি লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু অকনবা চৈরাক অমসুং শোয়দনমক ঐখোইনা লমল শিংবিগনি মখোইবু—মখোইনা খ্বাইদগী হেন্না ফত্তনা তৌখিবদুগী।

ذٰلِكَ جَزَاءُ أَعْدَاءِ اللّٰهِ النَّارُ لَهُمْ فِيْهَا دَارُ الْخُلْدِ جَزَاءً بِمَا كَانُوْا بِاٰيٰتِنَا يَجْحَدُوْنَ ﴿٢٨﴾

২৯। অসুম্না লমল খুম্বিগনি অল্লাহগী য়েক্লবশিংবু খান্বি মৈদা; মদুগী মনুংদা শেম শাবিখ্রে মখোইগীদমক নুংশাংনা লৈনবা যুম। মসি লমল খুম্বনি মখোইনা অনম কনখিবগী য়াদবদা ঐখোইগী পাওজেনশিং।

وَقَالَ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا رَبَّنَا أَرِنَا الَّذَيْنِ أَضَلّٰنَا

৩০। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা হায়গনিঃ

مِنَ الْجِنِّ وَالْإِنْسِ نَجْعَلْهُمَا تَحْتَ أَقْدَامِنَا لِيَكُونَا مِنَ الْأَسْفَلِينَ ۝٢٩

"ঐখোইগী মপুও! উহনবিয়ু ঐখোইদা মখোইদু —মখোইনা লম্বী লান্না চিংবিখিবা ঐখোইবু জিনশিং অমসুং মীশিংগী মরক্তগী, ঐখোই খোঙপাকনা বৃ-বৃ নেৎখায়গে মখোইবু অদুনা মখোই ওইনবা (হন্থনা তুক্কচনা য়েংবিথ্রবা) মীচোপশিং।"

إِنَّ الَّذِينَ قَالُوا رَبُّنَا اللَّهُ ثُمَّ اسْتَقَامُوا تَتَنَزَّلُ عَلَيْهِمُ الْمَلَائِكَةُ أَلَّا تَخَافُوا وَلَا تَحْزَنُوا وَأَبْشِرُوا بِالْجَنَّةِ الَّتِي كُنْتُمْ تُوعَدُونَ ۝٣٠

৩১। অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইগী মপুদি অল্লাহনি," অদুগী তুংদা মখোই মপুকচেন তিংনা লৈ (অচুম্বা থাজবদা), মতমদুদা স্বর্গ দূতশিং কুমথরকই মখোইদা (অসি হায়দুনা) ঃ "নখোই কিগনু নত্রগা রাগনু; অমসুং হরাওনা লৈয়ু স্বর্গ লৈকোন (ফংবগী ৱাখল)দা মদু নখোইদা ৱাশকপিথ্রবনি।

نَحْنُ أَوْلِيَاؤُكُمْ فِي الْحَيَاةِ الدُّنْيَا وَفِي الْآخِرَةِ ۖ وَلَكُمْ فِيهَا مَا تَشْتَهِي أَنْفُسُكُمْ وَلَكُمْ فِيهَا مَا تَدَّعُونَ ۝٣١

৩২। "ঐখোই নখোইগী মরূপশিংনি তাইবঙ পুন্সি অসিদা অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিদসু। মদুগী মনুংদা নখোই ফংগনি নখোইগী থরাইশিংনা অপাম্বতা. অমসুং মদুগী মনুংদা নখোইনা ফংগনি নখোইনা পীয়ু হায়বা পুম্নমক।

نُزُلًا مِنْ غَفُورٍ رَحِيمٍ ۝٣٢

৩৩। (মসি) তরাম-তরাম ওকপনি য়োনজ-কোকপিহৈবা (অমসুং) নুংশিবিহৈবগী (মায়কৈদগী)।

৫ শুবা রুকূ

وَمَنْ أَحْسَنُ قَوْلًا مِمَّنْ دَعَا إِلَى اللَّهِ وَعَمِلَ صَالِحًا وَقَالَ إِنَّنِي مِنَ الْمُسْلِمِينَ ۝٣٣

৩৪। অদুগা কনানো ৱা ঙাঙবদা হেন্না ফবা মঙোন্দগী মহাকনা বারতোন তৌই (মীশিংবু) অল্লাহগী মায়কৈদা অমসুং তৌই অফবা থবকশিং (পুম্নমক্তা) অমসুং হায়ঃ "ঐ তশেংবমক (অম)নি চঙজথ্রবশিংগী।"

وَلَا تَسْتَوِي الْحَسَنَةُ وَلَا السَّيِّئَةُ ۚ ادْفَعْ بِالَّتِي هِيَ أَحْسَنُ فَإِذَا الَّذِي بَيْنَكَ وَبَيْنَهُ عَدَاوَةٌ كَأَنَّهُ وَلِيٌّ حَمِيمٌ ۝٣٤

৩৫। অদুগা অফবগা অমসুং ফত্তবগা মান্নবা নত্তে। থিংঙু (ফত্তবা) থ্বাইদগী হেন্না অফবনা। অদুদা (য়েংউ!) মহাক অমসুং নহাক্কী মরক্তা য়েংথীনবা লৈরম্বদু (মাঙখিদুনা) ওইরক্কনি মহাক (নহাক্কী) চান্নথোইরবা মরূপ।

وَمَا يُلَقَّاهَا إِلَّا الَّذِينَ صَبَرُوا وَمَا يُلَقَّاهَا

৩৬। তৌইগুম্বসুং (ফিদমসি) কনাদসু পীবিদে

إِلَّا ذُو حَظٍّ عَظِيمٍ ۝٣٥

নত্তনা অখাংকনবশিংদা নত্তগা কনাদসু পীদে মসি নত্তনা অচৌবা লায়বক ফবশিংদা।

وَإِمَّا يَنزَغَنَّكَ مِنَ الشَّيْطَانِ نَزْغٌ فَاسْتَعِذْ بِاللَّهِ ۖ إِنَّهُ هُوَ السَّمِيعُ الْعَلِيمُ ۝٣٦

৩৭। অদুগা শৈতানগী করিগুম্বা থৌইনশিন অমনা ইনশিল্লবদি নহাকপু ফত্তবদা, মতমদুদা নীজৌ মতেং অল্লাহদগী (করিনা হায়ববু মীদি অশোনবনি)। তশেংবমক, মহাক্তি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

وَمِنْ آيَاتِهِ اللَّيْلُ وَالنَّهَارُ وَالشَّمْسُ وَالْقَمَرُ ۚ لَا تَسْجُدُوا لِلشَّمْسِ وَلَا لِلْقَمَرِ وَاسْجُدُوا لِلَّهِ الَّذِي خَلَقَهُنَّ إِن كُنتُمْ إِيَّاهُ تَعْبُدُونَ ۝٣٧

৩৮। অদুগা মহাক্কী খুদমশিংগী মরক্তা অহিংনি অমসুং নুথিলনি, অমসুং নুমিৎনি অমসুং থানি। দণ্ডবৎ তৌগনু নুমিৎ অমসুং থাবু, তৌইগুম্বসুং দণ্ডবৎ তৌ অল্লাহবু মহাকনা শেম শাবিখি মখোইবু, নখোইনা (তশেংবমক) ভক্তি কৎলবদি মহাকপু।

فَإِنِ اسْتَكْبَرُوا فَالَّذِينَ عِندَ رَبِّكَ يُسَبِّحُونَ لَهُ بِاللَّيْلِ وَالنَّهَارِ وَهُمْ لَا يَسْأَمُونَ ۩ ۝٣٨

৩৯। তৌইগুম্বসুং মখোইনা অথোই-নাপল-নরবদি নংগী মপুগী মনাক্তা লৈবা (স্বর্গ দূত) শিংনা ঈকাইখুম্ননা শৈশকই মহাকপু থাগৎপগী অহিং অমসুং নুংথিলদা, অমসুং মখোই কদৌঊডেদসু ৱাবা লৈতে।

سجدة

وَمِنْ آيَاتِهِ أَنَّكَ تَرَى الْأَرْضَ خَاشِعَةً فَإِذَا أَنزَلْنَا عَلَيْهَا الْمَاءَ اهْتَزَّتْ وَرَبَتْ ۚ إِنَّ الَّذِي أَحْيَاهَا لَمُحْيِي الْمَوْتَىٰ ۚ إِنَّهُ عَلَىٰ كُلِّ شَيْءٍ قَدِيرٌ ۝٣٩

৪০। অদুগা মহাক্কী খুদমশিংগী মরক্তা (অতোপ্পা অমনা অসিনি ঃ) মদুদি নখোইনা উই পৃথিবী কংশল্লকপা (মনা-মশিং হৌদদুনা), তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা নোং-ঈশিং তাহল্লবা মতমদা মদুগী মথক্তা, মদু লেঙ-লেঙ তৌরকই অমসুং কামখৎলকই (পুংশং-শংনা)। তশেংবমক, (শিরমলবা পৃথিবীবু) হিংগৎহনবা মহাকনা ঙম্মি হিংগৎহনবা অশিববু। মহাক্তি তশেংবমক শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

إِنَّ الَّذِينَ يُلْحِدُونَ فِي آيَاتِنَا لَا يَخْفَوْنَ عَلَيْنَا ۗ أَفَمَن يُلْقَىٰ فِي النَّارِ خَيْرٌ أَم مَّن يَأْتِي آمِنًا يَوْمَ

৪১। তশেংবমক, অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা শেরান-তুরান হায়জনবদু ঐখোইগী পাওজেনশিংবু লোৎপা ঙমদে ঐখোইদগী। (নখোই হায়যু— অদুক তাসি) খাম্বি মৈনুংদা হুনজনবিগ্রবা মহাক অদুনা হেন্না ফব্রা নত্তগা শিবদগী অমুক হিংগৎহনবা নুমিত্তা খুদোংথীবা লৈতনা লাকপা

الْقِيٰمَةِ ۗ اِعْمَلُوْا مَا شِئْتُمْ ۙ اِنَّهٗ بِمَا تَعْمَلُوْنَ بَصِيْرٌ ۝

মহাকনা (হেন্না ফব্রা)? নখোইনা অপাম্বতা তৌ, (অল্লাহ) মহাক্তি তশেংনমক উবনি নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

اِنَّ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا بِالذِّكْرِ لَمَّا جَآءَهُمْ ۚ وَاِنَّهٗ لَكِتٰبٌ عَزِيْزٌ ۝

৪২। তশেংবমক, অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা থাজদবা নীংশিঙহল্লিবা পোৎ(-কুরআন)বু মদুনা লাকপা মতমদা মখোইদা (শোয়দনমক মখোই অমাঙবা খোঙফম্নরবনি); অমসুং, লেপ্পমক, মসি শক্তি লৈবা কিতাবনি,

لَّا يَأْتِيْهِ الْبَاطِلُ مِنْۢ بَيْنِ يَدَيْهِ وَلَا مِنْ خَلْفِهٖ ۗ تَنْزِيْلٌ مِّنْ حَكِيْمٍ حَمِيْدٍ ۝

৪৩। অরানবা অমতা চঙশল্লকপা ঙমদে মঙোন্দা মমাংদগী নত্তগা মতুংদগী। মসি ফোংদোরকখিবনি খ্বাইদগী হেন্না অশিংবা, থাগৎপদা মতিক চাবদগী।

مَا يُقَالُ لَكَ اِلَّا مَا قَدْ قِيْلَ لِلرُّسُلِ مِنْ قَبْلِكَ ۗ اِنَّ رَبَّكَ لَذُوْ مَغْفِرَةٍ وَّذُوْ عِقَابٍ اَلِيْمٍ ۝

৪৪। করিমতা হায়দে নংঙোন্দা (মায়োক্নদুনা) নত্তনা হান্না হায়খিবদু নংগী মমাংদা লৈরম্বা ধর্ম্ম পাওতাকপশিংদা। থাঙ্গেশেংবমক নংগী মপুদি য়োনজ-কোকপিহৈবগী মপুনি অমসুং তমথীবা চৈরাক পীহৈবগী মপু(সু)নি।

وَلَوْ جَعَلْنٰهُ قُرْاٰنًا اَعْجَمِيًّا لَّقَالُوْا لَوْلَا فُصِّلَتْ اٰيٰتُهٗ ۗ ءَاَعْجَمِيٌّ وَّعَرَبِيٌّ ۗ قُلْ هُوَ لِلَّذِيْنَ اٰمَنُوْا هُدًى وَّشِفَآءٌ ۗ وَالَّذِيْنَ لَا يُؤْمِنُوْنَ فِيْٓ اٰذَانِهِمْ وَقْرٌ وَّهُوَ عَلَيْهِمْ عَمًى ۗ اُولٰٓئِكَ يُنَادَوْنَ مِنْ مَّكَانٍۭ بَعِيْدٍ ۝ ع

৪৫। অদুগা ঐখোইনা থারমলবদি কুরআন অসি মীরেবাক্কী লোল অমদা, মখোই (অহানবা ফংলিবশিং) না শোয়দনমক হায়রমগনিঃ "করি মরমগী মাগী পাওজেনশিং তশেংনা তাকপিদবগে? করি মতৌনো! (কুরআন্দি) অতোপ্পা মীগী লোলদা অমসুং (থারকলিবনা) অরবী মচা অমদা?" হায়যুঃ "অদুগুম্বা মীওইশিং অচুম্বা থাজখ্রবা মখোইগীদমক্তি মসি লমজিংনি অমসুং শিদ-হীদাকনি।" তৌইগুম্বসুং অচুম্বা থাজদবা (অফ-শাজনীংবা) মীওইশিংদুদি মনাকোংশিং পঙশিল্লে অমসুং মখোইগী মমিৎশিং উইশিল্লে। (মনা তাথীবগী মরম্না) মখোই, ওইবগী মতাগুম তৌখ্রে, অরাপ্পা মফমদগী কৌরকপা।

৬ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ اٰتَيْنَا مُوْسَى الْكِتٰبَ فَاخْتُلِفَ فِيْهِ ۗ وَلَوْلَا

৪৬। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা পীখি মুসাদা

(রায়েলগী) কিতাবদু, তৌইগুম্বসুং য়ানদবা থোকখি (মহাক্কী মীশিংগী মরক্তা) মদুগী মরমদা। অদুগা রাহৈ অমা হান্না থোকখিরমদ্রবদি নংগী মপুদগী, রাথোক অদু শোয়দনমক রাখৈবিরমগনি মখোইগী মরক্তা (মমাং কয়াদা)। তৌইগুম্বসুং (হৌজিক্তি) মখোই থাঙ্গৈমকশেংনা চিংনবা শরুক্লখ্রে মদুগী মরমদা।

كَلِمَةٌ سَبَقَتْ مِنْ رَّبِّكَ لَقُضِيَ بَيْنَهُمْ ۚ وَإِنَّهُمْ لَفِي شَكٍّ مِّنْهُ مُرِيبٍ ﴿٤٥﴾

৪৭। (মানা মানা তৌজবদু মানা মানা ফংজৈ, মরমদুনা) কনাগুম্বনা অফবা তৌরগা, মশাগী কান্নবনি; তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা ফত্তবা তৌরগা মশাগী অমাঙবনি। অদুগা নংগী মপুনা কদৌনুংদসু তৌবিদে চুমদবা খজিক্তং ফাওবা (মহাক্কী) মনাইশিংদা।

مَنْ عَمِلَ صَالِحًا فَلِنَفْسِهِ ۖ وَمَنْ أَسَاءَ فَعَلَيْهَا ۗ وَمَا رَبُّكَ بِظَلَّامٍ لِّلْعَبِيدِ ﴿٤٦﴾

সিপারহ ২৫ ঃ ইলৈহে য়ুরদ্দু

৪৮। (কিয়ামতকী) পুংফমদুগী রা-পুম্বা মহাক্তনা খঙবনি। অদুগা হৈ অমতা হৈমি তমলাক্তে মাগী কুয়োমদগী, নত্তগা নুপী অমতা নাও পুদে (মাগী গর্ভদা) নত্তগা মচা পোক্তে মহাক্কী জ্ঞান্না ফংদবদা। অদুগা নুমিৎ অদুদা মহাকনা কৌরক্কনি (লাইয়াম ঈরাৎলম্বশিং) মখোইবু (অসি হায়দুনা) ঃ "কদায়দা চৎখ্রবগে ঐগী শরুক য়ানিন্নবশিংনি (নখোইনা হায়জিল্লম্বদু)?" মখোইনা পাওখুমগনি ঃ "ঐখোইনা খঙহনজরি নংঙোন্দা, ঐখোই কনামতা সাক্ষী ওইদে (মদুদা)।"

إِلَيْهِ يُرَدُّ عِلْمُ السَّاعَةِ ۚ وَمَا تَخْرُجُ مِن ثَمَرَاتٍ مِّنْ أَكْمَامِهَا وَمَا تَحْمِلُ مِنْ أُنثَىٰ وَلَا تَضَعُ إِلَّا بِعِلْمِهِ ۚ وَيَوْمَ يُنَادِيهِمْ أَيْنَ شُرَكَائِي قَالُوا آذَنَّاكَ مَا مِنَّا مِن شَهِيدٍ ﴿٤٧﴾

৪৯। অদুগা (খোয়ম লাইশিং) মখোইনা মমাংঙৈদা ইত্তৎ-তত্তনা কৌজরম্বদু মাঙখিগনি মখোইদগী অমসুং মখোইনা খঙগনি মদুদি মখোইগী নাত্থোকনিঙঙাই মফম লৈতে।

وَضَلَّ عَنْهُم مَّا كَانُوا يَدْعُونَ مِن قَبْلُ ۖ وَظَنُّوا مَا لَهُم مِّن مَّحِيصٍ ﴿٤٨﴾

৫০। তাইবঙ মীনা অরাবা করিসু লৈতে হায়জ-চৎচবদা তাফ-নুংঙাইবগী; তৌইগুম্বসুং লায়বকথীবদা তারবদি, মহাক নীংবা কায় অমসুং থাদোকই আশা (পুম্নমক)।

لَّا يَسْأَمُ الْإِنسَانُ مِن دُعَاءِ الْخَيْرِ وَإِن مَّسَّهُ الشَّرُّ فَيَئُوسٌ قَنُوطٌ ﴿٤٩﴾

৫১। অদুগা ঐখোইনা মহাউ তংহল্লবদি মহাকপু ঐখোইগী থৌজাল অরা-অনং খরা থোকখ্রবা মতুংদা মঙোন্দা, মহাকনা শোয়দনমক হায়গনি ঃ "মসি ঐগী (হোৎনজবা মতিক্কী) ফংফম থোকপনি; অমসুং ঐনা রাখল তৌদে পুংফমদু লাকপু লাক্কনি হায়বা তৌইগুম্বসুং ঐনা করিগুম্বা হল্লবদি ঐগী মপুগী মনাক্তা, ঐ শোয়দনমক ফংগনি য়াম্না ফবতা মহাক্কী মনাক্তা।" মতমদুদা ঐখোইনা শোয়দনমক হায়বিগনি অচুম্বা থাজরমদবশিংদা মখোইনা তৌরম্বা পুম্নমক অমসুং ঐখোইনা শোয়দনমক মহাউ তংহনবিগনি মখোইবু অকনবা রায়েল-চৈরাক।

وَلَئِنْ أَذَقْنَٰهُ رَحْمَةً مِّنَّا مِنۢ بَعْدِ ضَرَّآءَ مَسَّتْهُ لَيَقُولَنَّ هَٰذَا لِى وَمَآ أَظُنُّ ٱلسَّاعَةَ قَآئِمَةً وَلَئِن رُّجِعْتُ إِلَىٰ رَبِّىٓ إِنَّ لِى عِندَهُۥ لَلْحُسْنَىٰ ۚ فَلَنُنَبِّئَنَّ ٱلَّذِينَ كَفَرُوا۟ بِمَا عَمِلُوا۟ وَلَنُذِيقَنَّهُم مِّنْ عَذَابٍ غَلِيظٍ ۝٥٠

৫২। অদুগা ঐখোইনা পীনবদা থৌজাল অমা মীদা, মহাক মমায় ওথোকই অমসুং লাপ্পা হন্দোক্কুনা লৈ (তৌবিমল খঙবা উত্তদুনা); তৌইগুম্বসুং ফত্তবনা লাঙ্গোয় চল্লবা মতমদা মহাকপু, য়েংউ! মহাকনা (হৌই) প্রার্থনা শাংনা তৌবা।

وَإِذَآ أَنْعَمْنَا عَلَى ٱلْإِنسَٰنِ أَعْرَضَ وَنَـَٔا بِجَانِبِهِۦ وَإِذَا مَسَّهُ ٱلشَّرُّ فَذُو دُعَآءٍ عَرِيضٍ ۝٥١

৫৩। হায়যু অচুম্বা য়াদবশিংদা) ঃ "নখোই উব্রা (কুরআন) অসি অল্লাহদগী ওইরবদি, মতমদুদা নখোইনা থাজদ্রবদি মসিবু, কনানো মঙোন্দগী হেন্না শেরান্নবা মহাকনা লাপ্পা হন্দোকখ্রবদা (অল্লাহদগী)?

قُلْ أَرَءَيْتُمْ إِن كَانَ مِنْ عِندِ ٱللَّهِ ثُمَّ كَفَرْتُم بِهِۦ مَنْ أَضَلُّ مِمَّنْ هُوَ فِى شِقَاقٍۭ بَعِيدٍ ۝٥٢

৫৪। থুনা ঐখোইনা উহনবিগনি মখোইবু ঐখোইগী খুদমশিং (পৃথিবীগী) অরাপ্পা লৈবাকশিংদা অমসুং মখোইগী মরক্তা তশেংনা উদরিবা ফাওবা মখোইদা মসি অচুম্বনি হায়বা। অসিনা ওক্তরিব্রা মদুদি নংগী মপুনা সাক্ষীনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা?

سَنُرِيهِمْ ءَايَٰتِنَا فِى ٱلْءَافَاقِ وَفِىٓ أَنفُسِهِمْ حَتَّىٰ يَتَبَيَّنَ لَهُمْ أَنَّهُ ٱلْحَقُّ ۗ أَوَلَمْ يَكْفِ بِرَبِّكَ أَنَّهُۥ عَلَىٰ كُلِّ شَىْءٍ شَهِيدٌ ۝٥٣

৫৫। য়েংউ! মখোই তশেংনমক চিংনবনি মখোইগী মপুগা উনগনি হায়বা। য়েংউ! মহাকনা তশেংনমক পুমকোয়-কোয়শল্লি পোৎ পুম্নমক।

أَلَآ إِنَّهُمْ فِى مِرْيَةٍ مِّن لِّقَآءِ رَبِّهِمْ ۗ أَلَآ إِنَّهُۥ بِكُلِّ شَىْءٍ مُّحِيطٌۢ ۝٥٤ ع

## سُوْرَةُ الشُّوْرٰى مَكِّيَّةٌ (٤٢)

অল-শুরা সূরহ ৪২

(হিজরী মমাংদা থাখি, মসিদা আয়াত মশিং ৫৪ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। থাগৎপদা মতিক চাখ্রবা, অচৌবা ইজ্জৎকী মপু (হমীদ মজীদ)।

حٰمٓ ②

৩। পোৎ পুম্নমক খঙবা, পোৎ পুম্নমক তাবা, শক্তি পুম্নমক লৈবা (অলীম, সমী'অ, কাদির)।

عٓسٓقٓ ③

৪। অসুম্না পাঙ্গলবা, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবা অল্লাহনা ফোংদোকপি নংঙোন্দা) স্বর্গগী ৱাপাও কুরআনগী শক্তমদা) মদুম্না (মহাকনা ফোংদোকপিখি) নংগী মমাংদা লৈরম্বশিংদসু।

كَذٰلِكَ يُوْحِيْٓ اِلَيْكَ وَاِلَى الَّذِيْنَ مِنْ قَبْلِكَ ۙ اللّٰهُ الْعَزِيْزُ الْحَكِيْمُ ④

৫। মহাক্কীনি স্বর্গদা লৈরিবাপুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবাপুম্বা। অদুগা মহাক্তি ইৱাং-ৱাংবনি, ইচাও-চাওবনি।

لَهٗ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَمَا فِي الْاَرْضِ ۭ وَهُوَ الْعَلِيُّ الْعَظِيْمُ ⑤

৬। স্বর্গ মচেৎ থোক্লা কায়নীং-কায়নীং তৌই মখোইগী মথক্তা, মদুগী মতমদা স্বর্গ দূতশিংনা শৈশকই মখোইগী মপুবু থাগত্তুনা অমসুং নীজে পাপ কোকপিনবগী মালেমথক্তা লৈবশিংগী। য়েংউ! অল্লাহদি তশেংবমক য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

تَكَادُ السَّمٰوٰتُ يَتَفَطَّرْنَ مِنْ فَوْقِهِنَّ وَالْمَلٰۗىِٕكَةُ يُسَبِّحُوْنَ بِحَمْدِ رَبِّهِمْ وَيَسْتَغْفِرُوْنَ لِمَنْ فِي الْاَرْضِ ۭ اَلَآ اِنَّ اللّٰهَ هُوَ الْغَفُوْرُ الرَّحِيْمُ ⑥

৭। অদুগা অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা লৌবা (অতোপ্পা লাইশিংবু মখোইগী) ঙাকপি-শেনবিবা ওইনা মঙোন্দগী হেন্দোক্লা, অল্লাহনা য়েংবিরি (মখোইগী থবকশিং; তৌইগুম্বসুং) নং নত্তে মখোইবু পান্নবা মী।

وَالَّذِيْنَ اتَّخَذُوْا مِنْ دُوْنِهٖٓ اَوْلِيَاۗءَ اللّٰهُ حَفِيْظٌ عَلَيْهِمْ ڮ وَمَآ اَنْتَ عَلَيْهِمْ بِوَكِيْلٍ ⑦

৮। অসুম্না ঐখোইনা ফোংদোকপিখি নংঙোন্দা কুরআন অরবী লোলদা, অদুনা নংনা চেকশন্নবা

وَكَذٰلِكَ اَوْحَيْنَآ اِلَيْكَ قُرْاٰنًا عَرَبِيًّا لِّتُنْذِرَ اُمَّ

হায়বিনবা শহরশিংগী পল্লেম পী ওইবী অমসুং মাগী অকোয়বদা লৈবশিংবু; অমসুং নংনা চেকশন্নবা হায়বিনবা (মখোইবু) মীয়াম পুল্লপ খোমজনবা নুমিৎকী—মদুগী করিসু চিংনিনিঙঙাই লৈতে। কাঙবু অমা লৈগনি হৈকোন-লৈকোন্দা অমসুং (অতোপ্পা) কাঙবু অমনা লৈগনি ঙ্রং-ঙ্রং চাকপা মৈনুংদা।

الْقُرٰى وَمَنْ حَوْلَهَا وَتُنْذِرَ يَوْمَ الْجَمْعِ لَا رَيْبَ فِيْهِ ۗ فَرِيْقٌ فِي الْجَنَّةِ وَفَرِيْقٌ فِي السَّعِيْرِ ۝

৯। অদুগা অল্লাহনা করিগুম্বা নীংলমলবদি মহাকনা শেমলমগনি মখোই (পুম্নমক) বু জাতি অমতা ওইনা; তৌইগুম্বসুং মহাকনা চঙহনবি মহাক্কী থৌজালদা মহাকনা অপাম্বা (মতিক চাবা) তবু। অদুগা অরানবা লম্বীনবশিংগীদমক্তি. মখোইগী লৈরোই কনামতা ঙাকপিনবা নত্ত্রগা তেংবাংবিনবা।

وَلَوْ شَآءَ اللّٰهُ لَجَعَلَهُمْ اُمَّةً وَّاحِدَةً وَّلٰكِنْ يُّدْخِلُ مَنْ يَّشَآءُ فِيْ رَحْمَتِهٖ ۗ وَالظّٰلِمُوْنَ مَا لَهُمْ مِّنْ وَّلِيٍّ وَّلَا نَصِيْرٍ ۝

১০। মখোইনা লৌরব্রা (অতোপ্পা লাইশিংবু মখোইগী) ঙাকপি-শেনবিবা ওইনা মঙোন্দগী হেন্দোক্লা? তৌইগুম্বসুং অল্লাহ মহাক্তনি (থাঙ্গৈশেংবা) ঙাক-শেল্লিবা মরূপ। অদুগা মহাকনা হিংগৎহল্লি অশিববু অমসুং মহাক্তি শক্তি লৈ পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

اَمِ اتَّخَذُوْا مِنْ دُوْنِهٖۤ اَوْلِيَآءَ ۚ فَاللّٰهُ هُوَ الْوَلِيُّ وَهُوَ يُحْيِ الْمَوْتٰى وَهُوَ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيْرٌ ۝

২ শুবা রুকূ

১১। অদুগা নখোইনা য়ানদবাপুম্বা কৌনোমা হেক ওইরবসু, মদুগী রাখৈবা অল্লাহগীনি। (নং হায়য়ুঃ) "অসিগুম্বনি অল্লাহদু, ঐগী মপুনি; মহাকপু ঐনা থাজে অমসুং মঙোন্দা ঐনা (মতমপুম্বদা) ওনশনজে।"

وَمَا اخْتَلَفْتُمْ فِيْهِ مِنْ شَيْءٍ فَحُكْمُهٗۤ اِلَى اللّٰهِ ۗ ذٰلِكُمُ اللّٰهُ رَبِّيْ عَلَيْهِ تَوَكَّلْتُ ۖ وَاِلَيْهِ اُنِيْبُ ۝

১২। মহাক্তি লৈশেম-নুংশেম্বনি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী। মহাকনা শেম্বিখি নখোইগী জোরাশিং নখোইগী মরক্তগী, অমসুং শা-ষণগীসু (মহাকনা শেমখি) জোরাশিং। মহাকনা মশিং হেনগৎহল্লি নখোইবু মদুনা। লৈতে করিগুম্বা অমতা মহাক্কা মান্নবা; অমসুং মহাক্তি পোৎ পুম্নমক উবনি।

فَاطِرُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۗ جَعَلَ لَكُمْ مِّنْ اَنْفُسِكُمْ اَزْوَاجًا وَّمِنَ الْاَنْعَامِ اَزْوَاجًا ۚ يَذْرَؤُكُمْ فِيْهِ ۗ لَيْسَ كَمِثْلِهٖ شَيْءٌ ۚ وَهُوَ السَّمِيْعُ الْبَصِيْرُ ۝

لَهُ مَقَالِيدُ السَّمٰوٰتِ وَالْأَرْضِ يَبْسُطُ الرِّزْقَ لِمَنْ يَشَآءُ وَيَقْدِرُ إِنَّهُ بِكُلِّ شَيْءٍ عَلِيمٌ ۝١٢

১৩। মহাকনা পায়রি শোঙ্জেশিং স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী। মহাকনা হেনগৎহল্লি চিঞ্জাক মহাকনা চানবিবশিংগী অমসুং রাৎহল্লি (মদু মহাকনা রাৎহনবিনীংবশিংগী)। তশেংবমক, মহাকনা মুন্না খঙই পোৎ পুম্নমক।

شَرَعَ لَكُم مِّنَ الدِّينِ مَا وَصّٰى بِهِ نُوحًا وَالَّذِي أَوْحَيْنَا إِلَيْكَ وَمَا وَصَّيْنَا بِهِ إِبْرٰهِيمَ وَمُوسٰى وَعِيسٰى أَنْ أَقِيمُوا الدِّينَ وَلَا تَتَفَرَّقُوا فِيهِ كَبُرَ عَلَى الْمُشْرِكِينَ مَا تَدْعُوهُمْ إِلَيْهِ اللّٰهُ يَجْتَبِي إِلَيْهِ مَن يَشَآءُ وَيَهْدِي إِلَيْهِ مَن يُنِيبُ ۝١٣

১৪। মহাকনা তৌবিগ্রে হুকুম নংগীদমক ধর্ম্মদু মহাকনা হুকুম তৌখিবা নুহদা, অমসুং (হৌজিক) ঐখোইনা ফোংদোকপিগ্রে নংঙোন্দা (মপুংফাবা মওংদা), অমসুং মদু ঐখোইনা য়াথংনবিখি ইব্রাহীমদা অমসুং মুসাদা অমসুং ঈসাদা (অসি হায়দুনা)ঃ "হনবা নাইগনু ধর্ম্মদা অমসুং (মত তিন্নদবা কাঙলুপ থোক্লা) খায়দোক্কনু মদুগী মনুংদা।" মূর্তি ঈরাৎপশিংদা অরাবা ওইরিবদি অসিনি (অল্লাহ অমতগী থৌগল তৌগদবনি হায়না) নংনা বারতোন তৌরি মখোইবু। অল্লাহনা খল্লি মহাকনা অপাম্বা (মতিক চাবত)বু অমসুং লমজিংবি মহাক্কী মায়কৈদা মঙোন্দা (পুকনিং শেংনা) ওনশনজবতবু।

وَمَا تَفَرَّقُوا إِلَّا مِن بَعْدِ مَا جَآءَهُمُ الْعِلْمُ بَغْيًا بَيْنَهُمْ وَلَوْلَا كَلِمَةٌ سَبَقَتْ مِن رَّبِّكَ إِلٰى أَجَلٍ مُّسَمًّى لَّقُضِيَ بَيْنَهُمْ وَإِنَّ الَّذِينَ أُورِثُوا الْكِتٰبَ مِن بَعْدِهِمْ لَفِي شَكٍّ مِّنْهُ مُرِيبٍ ۝١٤

১৫। অদুগা মখোই তোখায় খায়দোক্লখিদে মখোইদা (অচুম্বা) জ্ঞান লাকখ্রবা মতুংদা নত্তনা, কল্লক-য়েংথীনবদগী মখোই মশেলগী মরক্তা রাহে অমা (মতম খরা য়ৈথোকপগী) হান্না থোকখিরমদ্রবদি নংগী মপুদগী অরেম্পা মতম অমগী, রাথোক অদু শোয়দনমক রাথৈবিরমগনি মখোইগী মরক্তা (মমাং কয়াদা)। অদুগা তশেংবমক স্বত্ব ফংহনবিগদৌরিবশিংদু (অল্লাহগী) কিতাবকী মখোই (নবীশিং)গী মতুংদা মফম মরাং খঙদনা চিংনবা শরুক্লরে মসিগী মরমদা।

فَلِذٰلِكَ فَادْعُ وَاسْتَقِمْ كَمَا أُمِرْتَ وَلَا تَتَّبِعْ أَهْوَآءَهُمْ وَقُلْ اٰمَنْتُ بِمَا أَنزَلَ اللّٰهُ مِن كِتٰبٍ

১৬। মরমদুনা বারতোন তৌ (মখোইবু অচুম্বা ধর্ম্মদা) অমসুং পুকচেল তিংনা লেপও (অচুম্বা লম্বীদা) নংবু য়াথংনবিখিবগুম অমসুং তুং ইল্লুগনু মখোইগী ফত্তবা অপাম্বশিংগী, তৈইগুম্বসুং হায়যু ঃ "ঐনা থাজে অল্লাহনা থাবিরকখিবা কিতাবপুম্বা,

وَأُمِرْتُ لِأَعْدِلَ بَيْنَكُمُ اللَّهُ رَبُّنَا وَرَبُّكُمْ لَنَا أَعْمَالُنَا وَلَكُمْ أَعْمَالُكُمْ لَا حُجَّةَ بَيْنَنَا وَبَيْنَكُمُ اللَّهُ يَجْمَعُ بَيْنَنَا وَإِلَيْهِ الْمَصِيرُ ﴿١٦﴾

অমসুং ঐবু য়াথংনবিখ্রে চুম্না ব্রায়েল বিচার তৌনবগী নখোইগী মরক্তা। অল্লাহসে ঐখোইগী মপুনি অমসুং নখোইগীসু মপুনি। ঐখোইনা তৌবা (থবক্কী মহৈ)না ঐখোইগী, অমসুং নখোইনা তৌবনা নখোইগী। নিংঙাই শান্দান্ননিঙঙাই করিসু লৈতে ঐখোই অমসুং নখোইগী মরক্তা। অল্লাহনা (নুমিৎ অদুদা) খোমজনবিগনি ঐখোই (পুম্নমক) বু পুন্নপ পুন্না অমসুং মঙোন্দা হনজনফমনি।"

وَالَّذِينَ يُحَاجُّونَ فِي اللَّهِ مِنْ بَعْدِ مَا اسْتُجِيبَ لَهُ حُجَّتُهُمْ دَاحِضَةٌ عِنْدَ رَبِّهِمْ وَعَلَيْهِمْ غَضَبٌ وَلَهُمْ عَذَابٌ شَدِيدٌ ﴿١٧﴾

১৭। অদুগা অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা চান্দান্ননা খৎনবদু অল্লাহগী মরমদা মহাকপু (চাননা) য়াখ্রবা মতুংদা মখোইগী চান্দান্নবদু করিসু কান্নবা ওইরোই মখোইগী মপুগী মনাক্তা; অমসুং মখোইগী মথক্তা (অল্লাহগী) অশাউবনি অমসুং মখোই ফংগনি শাথীবা ব্রায়েল-চৈরাক।

اللَّهُ الَّذِي أَنْزَلَ الْكِتَابَ بِالْحَقِّ وَالْمِيزَانَ وَمَا يُدْرِيكَ لَعَلَّ السَّاعَةَ قَرِيبٌ ﴿١٨﴾

১৮। অল্লাহ মহাকননি থাবিরকখিবা কিতাবদু লোয়ননা অচুম্বগা। অমসুং 'মীজান' (ধর্ম্ম-বিধি)গা। অদুগা করিনা খঙহনগনি নংবু লেপখিবা পুংফমদু নকশল্লকলে হায়বা?

يَسْتَعْجِلُ بِهَا الَّذِينَ لَا يُؤْمِنُونَ بِهَا وَالَّذِينَ آمَنُوا مُشْفِقُونَ مِنْهَا وَيَعْلَمُونَ أَنَّهَا الْحَقُّ أَلَا إِنَّ الَّذِينَ يُمَارُونَ فِي السَّاعَةِ لَفِي ضَلَالٍ بَعِيدٍ ﴿١٩﴾

১৯। মদু থাজদবা মখোইদুনা থুনা থোকহন্নীংই মদু; তৌইগুম্বসুং অচুম্বা থাজবশিংনা কিজে মদুবু অমসুং খঙই মদু (তশেংনা) অচুম্বনি। য়েংউ! পুংফমদুগী মরমদা চান্দান্নবশিংদু অচুম্বা লম্বীদগী লাপ্পা চখোকখ্রে।

اللَّهُ لَطِيفٌ بِعِبَادِهِ يَرْزُقُ مَنْ يَشَاءُ وَهُوَ الْقَوِيُّ الْعَزِيزُ ﴿٢٠﴾

২০। অল্লাহদি চানবিহৈবনি মহাক্কী মনাইশিংদা। মহাকনা পীবি চিঞ্জাক মহাকনা চানবিবদা; অমসুং মহাক্তি শক্তি লৈবনি, পাঙ্গলবনি।

৩ শুবা রুকূ

مَنْ كَانَ يُرِيدُ حَرْثَ الْآخِرَةِ نَزِدْ لَهُ فِي حَرْثِهِ وَمَنْ كَانَ يُرِيدُ حَرْثَ الدُّنْيَا نُؤْتِهِ مِنْهَا وَمَا لَهُ فِي الْآخِرَةِ مِنْ نَصِيبٍ ﴿٢١﴾

২১। কনাগুম্বনা পামলবদি আখেরতকী লৌরোক, ঐখোইনা পীবিগনি চাওখৎপা মহাক্কী লৌরোকদা; অমসুং কনাগুম্বনা পামলবদি সংসার অসিগী লৌরোক, ঐখোইনা পীবি মহাকপু (মহৈ) মদুগী, তৌইগুম্বসুং আখেরতদা মহাক্কী শরুক করিসু লৈরোই।

২২। (লাইয়াম থাজবশিং) মখোইগী লৈরব্রা (অসিগুম্বা) তিন্নবা-লাইশিং (অল্লাহগী) মখোইনা তাকপিবা মখোইবু তৌবা য়াগনি হায়না ধর্ম্ম অমা মদু অল্লাহনদি ময়াথং পীখিদবা? তৌইগুম্বসুং রাহৈ অমা (হান্না লাউথোকখিবা) নৎলমদ্রবদি অরোয়বা রায়েল বিচারগী মরমদা, (হীরম অদু) রাখৈবিরমগনি (হান্নরা) মখোইগী মরক্তা। তশেংবমক অরানবা লম্বীনবশিং ফংগনি অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

اَمْ لَهُمْ شُرَكٰٓؤُا شَرَعُوْا لَهُمْ مِّنَ الدِّيْنِ مَا لَمْ يَاْذَنْۢ بِهِ اللّٰهُ ۗ وَلَوْلَا كَلِمَةُ الْفَصْلِ لَقُضِيَ بَيْنَهُمْ ۗ وَاِنَّ الظّٰلِمِيْنَ لَهُمْ عَذَابٌ اَلِيْمٌ ﴿٢١﴾

২৩। (কোরৌ নোংজা অমদা) নংনা উগনি অরানবা লম্বীনবশিং (থক থক) নীক্তুনা লেপ্পা) অকিবা শকপান্নদুনা মখোইনা তৌখিবা (মরাল)গী অমসুং মদু শোয়দনমক থোক্কনি মখোইদা। তৌইগুম্বসুং অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনবা মখোইদু লৈগনি (নুংঙাইগ্রবা) লমপাকশিংদা হৈকোন-লৈকোনশিংগী। মখোই ফংগনি মখোইগী মপুগী মনাক্তা মখোইনা অপাম্বাপুম্বা। মদু অচৌবা থৌজালনি (অল্লাহগী)।

تَرَى الظّٰلِمِيْنَ مُشْفِقِيْنَ مِمَّا كَسَبُوْا وَهُوَ وَاقِعٌۢ بِهِمْ ۗ وَالَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ فِيْ رَوْضٰتِ الْجَنّٰتِ ۚ لَهُمْ مَّا يَشَآءُوْنَ عِنْدَ رَبِّهِمْ ۗ ذٰلِكَ هُوَ الْفَضْلُ الْكَبِيْرُ ﴿٢٢﴾

২৪। (অচৌবা মনা-মথিন) অসিগীনিদো অল্লাহনা পীরিবা হরাওবা পাওজেন মহাক্কী মনাইশিংদা মখোইনা অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনবা। হায়যু (মীওইবশিংদা)ঃ "ঐনা হায়জদে নখোইদা অরামল পীযু (ঐনা পাও শন্দোকপা) অসিগী' তৌইগুম্বসুং (ঐনা হায়জরি নখোইদা) নুংশিযু মরী থোক্নবশিংবু।" অদুগা কনাগুম্বনা তৌরবদি অফবা (থবক) অমা, ঐখোইনা পীবি মহাকপু অফবা (য়াম্মা) হেন্না মদুদা। তশেংবমক, অল্লাহদি য়োনজ-কোকপি-হৈবনি, থ্বাইদগী হেন্না শীংথানবিহৈবনি।

ذٰلِكَ الَّذِيْ يُبَشِّرُ اللّٰهُ عِبَادَهُ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ ۗ قُلْ لَّآ اَسْـَٔلُكُمْ عَلَيْهِ اَجْرًا اِلَّا الْمَوَدَّةَ فِي الْقُرْبٰى ۗ وَمَنْ يَّقْتَرِفْ حَسَنَةً نَّزِدْ لَهٗ فِيْهَا حُسْنًا ۗ اِنَّ اللّٰهَ غَفُوْرٌ شَكُوْرٌ ﴿٢٣﴾

২৫। মখোইনা হায়ব্রাঃ "মহাকনা মীনম লাং থাকলে অল্লাহগী মায়োক্তা?" অল্লাহনা করিগুম্বা নীংলমলবদি, মহাকনা চুম নমশিনবিরমগনি নংগী নথম্মোই। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা মুৎথৎপি মীনম্বা

اَمْ يَقُوْلُوْنَ افْتَرٰى عَلَى اللّٰهِ كَذِبًا ۚ فَاِنْ يَّشَاِ اللّٰهُ يَخْتِمْ عَلٰى قَلْبِكَ ۗ وَيَمْحُ اللّٰهُ الْبَاطِلَ وَيُحِقُّ الْحَقَّ

بِكَلِمٰتِهٖ ۗ اِنَّهٗ عَلِيْمٌۢ بِذَاتِ الصُّدُوْرِ ﴿٢٥﴾

(নহাক্কী মপান্না) অমসুং লিৎখৎপি অচুম্বা মহাক্কী ৱাহৈশিংনা। তশেংবমক মহাকনা খঙই (মীগী) থবাক মনুংদা লোৎশন্দুনা লৈবা (পুম্নমক)।

وَهُوَ الَّذِيْ يَقْبَلُ التَّوْبَةَ عَنْ عِبَادِهٖ وَيَعْفُوْا عَنِ السَّيِّاٰتِ وَيَعْلَمُ مَا تَفْعَلُوْنَ ﴿٢٦﴾

২৬। অদুগা মহাকননি য়াবিরিবা মহাক্কী মনাইশিংনা মপাপ হায়দোকচবদা অমসুং কোকপি মপাপশিং অমসুং মহাকনা খঙই নখোইনা তৌবা পুম্নমক,

وَيَسْتَجِيْبُ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ وَيَزِيْدُهُمْ مِّنْ فَضْلِهٖ ۗ وَالْكٰفِرُوْنَ لَهُمْ عَذَابٌ شَدِيْدٌ ﴿٢٧﴾

২৭। অমসুং মহাকনা য়াবি অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনবা মখোইদুগী হায়জবশিং অমসুং পীবি মখোইবু থোইনা হেন্না (মখোইনা নীজবদগী) মহাক্কী থৌজালনা। তৌইংগুম্বসুং লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদি ফংগনি শাথীবা ৱায়েল-চৈরাক।

وَلَوْ بَسَطَ اللّٰهُ الرِّزْقَ لِعِبَادِهٖ لَبَغَوْا فِى الْاَرْضِ وَلٰكِنْ يُّنَزِّلُ بِقَدَرٍ مَّا يَشَآءُ ۗ اِنَّهٗ بِعِبَادِهٖ خَبِيْرٌۢ بَصِيْرٌ ﴿٢٨﴾

২৮। অদুগা অল্লাহনা পীবিরমলবদি চিঞ্জাক মরাংকায়না মহাক্কী মনাইশিংদা, মখোই লাল হৌরমগনি পৃথিবীদা ; তৌইংগুম্বসুং মহাকনা থাবি (চিঞ্জাক) চাং য়েংদুনা মহাকনা অপাম্বা মতুংইন্না। তশেংবমক মহাক্তি খবররালনি মহাক্কী মনাই-শিংগী (ফিবম), ইউ-উবনি (মখোইগী দরকার ওইবশিং)।

وَهُوَ الَّذِيْ يُنَزِّلُ الْغَيْثَ مِنْۢ بَعْدِ مَا قَنَطُوْا وَيَنْشُرُ رَحْمَتَهٗ ۗ وَهُوَ الْوَلِيُّ الْحَمِيْدُ ﴿٢٩﴾

২৯। অদুগা মহাকননি নোং তাহল্লিবা (মীশিং) মখোইনা আশা লৈতরবা মতুংদা অমসুং চাইথোকই মহাক্কী থৌজাল (মালেমপুম্বদা)। অদুগা মহাক্তি ঙাকপিহৈবা মরূপনি, থাগৎপদা মতিকচাবনি।

وَمِنْ اٰيٰتِهٖ خَلْقُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ وَمَا بَثَّ فِيْهِمَا مِنْ دَآبَّةٍ ۗ وَهُوَ عَلٰى جَمْعِهِمْ اِذَا يَشَآءُ قَدِيْرٌ ﴿٣٠﴾ ع

৩০। অদুগা মহাক্কী খুদমশিংগী মরক্তা স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী খুৎশেমনি, অমসুং জীব পানবশিংগী মহাকনা চাইথোকপিখিবা অদুনি অনিমক্তা। অদুগা মহাক্কী শক্তি লৈ পুম্নপ্না খোমজিনবগী মখোইবু (মহাক্কী ৱায়েলশঙ মমাংদা) মহাকনা তৌনীংবা মতমদা।

৪ শুবা রুকূ

৩১। অদুগা নখোইদা লায়বকথীবা থোরকপমখৈ নখোইগী নখুৎশিংনা তৌজরকপগী মতুং ইনবনি; অদুম ওইনমক মহাকনা কোকপি (পাপ) য়াম্না।

وَمَآ اَصَابَكُمْ مِّنْ مُّصِيْبَةٍ فَبِمَا كَسَبَتْ اَيْدِيْكُمْ وَيَعْفُوْا عَنْ كَثِيْرٍ ﴿٣٠﴾

৩২। অদুগা নখোইনা ঙমলোই থুগায়বা (অল্লাহগী থৌরাং) পৃথিবীদা: নওগা লৈরোই নখোইগী ঙাকপিনবা মরূপ অমদি তেংবাংবিনবা কনামতা অল্লাহ নত্তনা।

وَمَآ اَنْتُمْ بِمُعْجِزِيْنَ فِى الْاَرْضِ ۚ وَمَا لَكُمْ مِّنْ دُوْنِ اللّٰهِ مِنْ وَّلِيٍّ وَّلَا نَصِيْرٍ ﴿٣١﴾

৩৩। অদুগা মহাক্কী খুদমশিংগী মরক্তা সমুদ্রদা হোল্লিবা জহাজশিং (নোংদোল-লৈচিন লানশিংননা লেপলবা) চীংজাওগুম্বনি।

وَمِنْ اٰيٰتِهِ الْجَوَارِ فِى الْبَحْرِ كَالْاَعْلَامِ ﴿٣٢﴾

৩৪। মহাকনা করিগুম্বা নীংলমলবদি, মহাকনা শিৎহল্লমলোই নুংশিৎ অদুদা (জহাজশিং) মখোই (ঈশিং) ঈমায়থক্তা চপ লেপ্তুনা (হোনবা য়াদদুনা) লৈরমগনি। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদমশিং অৱাবা খাংহৈবা (অমসুং) তৌবিমল খঙবা মী খুদিংগী (ভাব তানবগী)—

اِنْ يَّشَاْ يُسْكِنِ الرِّيْحَ فَيَظْلَلْنَ رَوَاكِدَ عَلٰى ظَهْرِهٖ ۚ اِنَّ فِىْ ذٰلِكَ لَاٰيٰتٍ لِّكُلِّ صَبَّارٍ شَكُوْرٍ ﴿٣٣﴾

৩৫। নত্রগা মহাকনা ঙম্মি মাঙতাকহনবা মখোইবু (জহাজ কায়হনবিদুনা) মখোইনা ফত্তবা কমায়খিবগী মরম্না, তৌইগুম্বসুং মহাকনা কোকপি (পাপ) য়াম্না (মখোইনা হৌন-শাজৎ খঙদদুনা তৌখিবা)—

اَوْ يُوْبِقْهُنَّ بِمَا كَسَبُوْا وَيَعْفُ عَنْ كَثِيْرٍ ﴿٣٤﴾

৩৬। অমসুং (নিন্দা তৌদুনতা লৈবশিং) মখোইনা চীন্দান্নবনা ঐখোইগী পাওজেনশিংগী মরমদা খঙবা য়াই মদুদি মখোইগী চঙজফম লৈতে (মফম কদায়দসু ঐখোইগী মায়োক্তা)।

وَّيَعْلَمَ الَّذِيْنَ يُجَادِلُوْنَ فِىْٓ اٰيٰتِنَا ۗ مَا لَهُمْ مِّنْ مَّحِيْصٍ ﴿٣٥﴾

৩৭। অদুগা করিগুম্বা পোৎ নখোইদা হেক পীখিবদু চেংজেন্নি তাইবঙ-পুন্সিগী (মতম খরদংগী); তৌইগুম্বসুং অল্লাহগী মনাক্তা লৈবা অদুনা ফবা হেল্লি অমসুং কুইবসু হেল্লি অদুগুম্বা মীওইশিংগী মখোইনা অচুম্বা থাজখ্রবা অমসুং আশা তৌজখ্রবা মখোইগী মপুদা;

فَمَآ اُوْتِيْتُمْ مِّنْ شَيْءٍ فَمَتَاعُ الْحَيٰوةِ الدُّنْيَا ۚ وَمَا عِنْدَ اللّٰهِ خَيْرٌ وَّاَبْقٰى لِلَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَلٰى رَبِّهِمْ يَتَوَكَّلُوْنَ ﴿٣٦﴾

وَالَّذِينَ يَجْتَنِبُونَ كَبٰٓئِرَ الْاِثْمِ وَالْفَوَاحِشَ وَاِذَا مَا غَضِبُوْا هُمْ يَغْفِرُوْنَ ﴿٣٧﴾

৩৮। অদুগা মখোইনা থাদোকই অচৌবা পাপশিং অমসুং লূদবা থবকশিং, অমসুং মখোইনা শাউরবা (ফাওব)দা (মপুকনিং ফাজন্দুনা) কোকপি (মীবু অমসুং মীবু ঙম্বা তান্দে);

وَالَّذِينَ اسْتَجَابُوْا لِرَبِّهِمْ وَاَقَامُوا الصَّلٰوةَ وَاَمْرُهُمْ شُوْرٰى بَيْنَهُمْ وَمِمَّا رَزَقْنٰهُمْ يُنْفِقُوْنَ ﴿٣٨﴾

৩৯। অদুগা মখোইনা পাওখুম্মি মখোইগী মপুদা, অমসুং তৌই নমাজ, অমসুং মখোইগী (অরুবা) থবকশিং (ৱারেপই) মখোই মশেল ৱা তান্নদুনা অমসুং মখোইনাখরচতৌই (দান পীবদা) ঐখোইনা পীখিবা অদুদগী মখোইদা;

وَالَّذِينَ اِذَآ اَصَابَهُمُ الْبَغْيُ هُمْ يَنْتَصِرُوْنَ ﴿٣٩﴾

৪০। অদুগা মখোইনা, অরানবা অমা তৌরকপদা মখোইদা, ঙাকচে মখোই মশামকপু (মায়োক্লদুনা খুদোংথীবা ফিবম পুম্নমক)।

وَجَزٰٓؤُا سَيِّئَةٍ سَيِّئَةٌ مِّثْلُهَا ۚ فَمَنْ عَفَا وَاَصْلَحَ فَاَجْرُهٗ عَلَى اللّٰهِ ۗ اِنَّهٗ لَا يُحِبُّ الظّٰلِمِيْنَ ﴿٤٠﴾

৪১। অদুগা (মাঙননবগী তৌরকপা) ফত্তবগী লমল খুম্বদি মদুগা নাতৈ-মচাং মান্ননা তৌগদবনি; তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা ঙাকপিরবদি (মরাল লৈরববু) অমসুং চুমথোকলবদি (নুংঙাইনদবা লৈরম্বদু), মহাক্কী মনাদি লৈ অল্লাহগী মনাক্তা। তশেংবমক, মহাকনা নুংশিবিদে অরানবা তৌবশিংবু।

وَلَمَنِ انْتَصَرَ بَعْدَ ظُلْمِهٖ فَاُولٰٓئِكَ مَا عَلَيْهِمْ مِّنْ سَبِيْلٍ ﴿٤١﴾

৪২। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা ঙাকচরবদি মশাবু মহাকপু লান্না তৌবিরকখ্রবদা, অসিগুম্বা মীওইশিং (দোশ তৌনিঙঙাই) মতৌ করিসু লৈতে।

اِنَّمَا السَّبِيْلُ عَلَى الَّذِيْنَ يَظْلِمُوْنَ النَّاسَ وَيَبْغُوْنَ فِي الْاَرْضِ بِغَيْرِ الْحَقِّ ۗ اُولٰٓئِكَ لَهُمْ عَذَابٌ اَلِيْمٌ ﴿٤٢﴾

৪৩। দোশ তৌনিঙঙাই মতৌদি মখোই অদুবুনি—মখোইনা তৌই অরানবা মীশিংদা অমসুং লমকেৎ-লমহাই লৈবাকদা ইচুম-চুমদনা মখোইসি ফংগনি অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাক।

وَلَمَنْ صَبَرَ وَغَفَرَ اِنَّ ذٰلِكَ لَمِنْ عَزْمِ الْاُمُوْرِ ﴿٤٣﴾

৪৪। অদুগা কনাগুম্বনা অৱাবা খাংলবা অমসুং ঙাকপিরবদি মদু তশেংবমক অচৌবা পুকনিং লেম্পগী থবকনি।

৫ শুবা রুকূ

৪৫। অদুগা অল্লাহনা রা লেপ্পিখ্রবা মহাকদু লম্মুক্কবনি হায়না, লৈরোই ঙাকপিনবা কনামতা মহাক্কীদমক মদুগী মতুংদা। অদুগা নংনা উগনি অরানবা লম্বীনবশিংদু—মখোইনা উরবা মতমদা রায়েল-চৈরাক (থাবিগদবদু মখোইগী মথক্তা)—হায়গনিঃ "করিগুম্বা লম্বী লৈগদ্রা হনখিনবগী?"

وَمَنْ يُّضْلِلِ اللّٰهُ فَمَا لَهٗ مِنْ وَّلِيٍّ مِّنْۢ بَعْدِهٖ ؕ وَتَرَى الظّٰلِمِيْنَ لَمَّا رَاَوُا الْعَذَابَ يَقُوْلُوْنَ هَلْ اِلٰى مَرَدٍّ مِّنْ سَبِيْلٍ ﴿٤٥﴾

৪৬। অদুগা নংনা উগনি মখোইবু পুরকপা (নরক) অদুগী মমাংদা, মমিৎশিং লুকথদুনা ঈকাইবগী মরম্না, মিৎচিনা হুরপ য়েংদুনা মদুদা (অকিবা অমসুং অরাবগা লোয়ননা)। অচুম্বা থাজবশিংনা হায়গনিঃ "তশেংবমক অমাঙবা খোঙফম্নবশিংদি মখোইদুনি মখোইনা মাঙহনজে মশামকপু অমসুং মখোইগী য়ুমগী মীশিংবু শিবদগী অমুক হিংগৎহনবা নুমিত্তা।" য়েংউ! অরানবা লম্বীনবশিংদি (য়াওন্নবা তাই) মতম কুইনা লৈগদবা রায়েল-চৈরাকদা।

وَتَرٰىهُمْ يُعْرَضُوْنَ عَلَيْهَا خٰشِعِيْنَ مِنَ الذُّلِّ يَنْظُرُوْنَ مِنْ طَرْفٍ خَفِيٍّ ؕ وَقَالَ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْۤا اِنَّ الْخٰسِرِيْنَ الَّذِيْنَ خَسِرُوْۤا اَنْفُسَهُمْ وَاَهْلِيْهِمْ يَوْمَ الْقِيٰمَةِ ؕ اَلَاۤ اِنَّ الظّٰلِمِيْنَ فِيْ عَذَابٍ مُّقِيْمٍ ﴿٤٦﴾

৪৭। অদুগা মখোইগী লৈতে মরূপ কনামতা তেংবাংবিনবা মখোইবু অল্লাহ নত্তনা। অল্লাহনা লম্মুক্কহনবিখ্রবা মহাক অদুগী লৈররোই লম্বী অমতা।

وَمَا كَانَ لَهُمْ مِّنْ اَوْلِيَآءَ يَنْصُرُوْنَهُمْ مِّنْ دُوْنِ اللّٰهِ ؕ وَمَنْ يُّضْلِلِ اللّٰهُ فَمَا لَهٗ مِنْ سَبِيْلٍ ﴿٤٧﴾

৪৮। ইল্লু হুকুম নখোইগী মপুগী য়ৌরক্তরিঙে মমাংদা নুমিৎ অদু—মদু লৈরোই থৈদোকপা ঙম্বা কনামতা অল্লাহগী মায়োক্তা। লৈরোই চঙজফম কদায়দসু নখোইগী নুমিৎ অদুদা নত্ত্রগা লৈরোই নখোইগী নপাঙ্গল করিমতা য়াদবগী (নপাপ)।

اِسْتَجِيْبُوْا لِرَبِّكُمْ مِّنْ قَبْلِ اَنْ يَّاْتِيَ يَوْمٌ لَّا مَرَدَّ لَهٗ مِنَ اللّٰهِ ؕ مَا لَكُمْ مِّنْ مَّلْجَاٍ يَّوْمَئِذٍ وَّمَا لَكُمْ مِّنْ نَّكِيْرٍ ﴿٤٨﴾

৪৯। তৌইগুম্বসুং মখোইনা মমায় ওথোকলবদি, ঐখোইনা থাখিদে নংবু ঙাক-শেনবিবা মী অমা ওইনা মখোইগী মথক্তা। নংগী তৌগদবা থবক্তি পাওজেন লাউথোকপতনি। অদুগা ঐখোইনা মীবু মহাউ তংহনবদা ঐখোইগী থৌজাল, মহাকনা হরাওজে মদুদা তৈইগুম্বসুং ফত্তবা অমা থোকলবদা মখোইদা মখোইগী মখুৎশিংনা

فَاِنْ اَعْرَضُوْا فَمَاۤ اَرْسَلْنٰكَ عَلَيْهِمْ حَفِيْظًا ؕ اِنْ عَلَيْكَ اِلَّا الْبَلٰغُ ؕ وَاِنَّاۤ اِذَاۤ اَذَقْنَا الْاِنْسَانَ مِنَّا رَحْمَةً فَرِحَ بِهَا ۚ وَاِنْ تُصِبْهُمْ سَيِّئَةٌۢ بِمَا قَدَّمَتْ اَيْدِيْهِمْ

فَاِنَّ الْاِنْسَانَ كَفُوْرٌ ﴿٤٨﴾

তৌজবগী মতুংইন্না (অদুদা কাওথোকই থৌজাল পুম্নমক). (য়েংউ!) মীদি তশেংবমক তৌবিমল খঙদে।

لِلّٰهِ مُلْكُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۭ يَخْلُقُ مَا يَشَاۗءُ ۭ يَهَبُ لِمَنْ يَّشَاۗءُ اِنَاثًا وَّيَهَبُ لِمَنْ يَّشَاۗءُ الذُّكُوْرَ ﴿٤٩﴾

৫০। অল্লাহগী শাসন্নি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদা। মহাকনা শেম-শাই মহাকনা অপাম্বংতা। মহাকনা পীবি মমোম (অচানবী)শিং মহাকনা অপাম্বদা অমসুং মহাকনা পীবি মচা নিপা (নুংশিবা)শিং মহাকনা অপাম্বদা ;

اَوْ يُزَوِّجُهُمْ ذُكْرَانًا وَّاِنَاثًا ۚ وَيَجْعَلُ مَنْ يَّشَاۗءُ عَقِيْمًا ۭ اِنَّهٗ عَلِيْمٌ قَدِيْرٌ ﴿٥٠﴾

৫১। নত্রগা মহাকনা (পীবি) য়ান্নদুনা মচা নিপাশিং অমসুং মচা নুপীশিং ; অমসুং মহাকনা খুংহল্লি মহাকনা অপাম্ববু। তশেংবমক, মহাক্তি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, শক্তি পুম্নমক লৈবনি।

وَمَا كَانَ لِبَشَرٍ اَنْ يُّكَلِّمَهُ اللّٰهُ اِلَّا وَحْيًا اَوْ مِنْ وَّرَاۗئِ حِجَابٍ اَوْ يُرْسِلَ رَسُوْلًا فَيُوْحِيَ بِاِذْنِهٖ مَا يَشَاۗءُ ۭ اِنَّهٗ عَلِيٌّ حَكِيْمٌ ﴿٥١﴾

৫২। অদুগা মসি ওইবা য়াদবা (রা) নি কনাগুম্বা মীগী মদুদি অল্লাহনা (অপানন্না) রা ঙাঙগদবনি মঙোন্দা নত্তনা (চুমদ্রিং) রাপাও ফোংদোক্তুনা নত্রগা পর্দাগী মরুমদগী নত্রগা স্বর্গ দূত অমা থাদুনা ফোংদোক্লবা মহাক্কী হুকুমনা মহাকনা অপাম্বদু। তশেংবমক, মহাক্তি ইরাং-রাংবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَكَذٰلِكَ اَوْحَيْنَآ اِلَيْكَ رُوْحًا مِّنْ اَمْرِنَا ۭ مَا كُنْتَ تَدْرِيْ مَا الْكِتٰبُ وَلَا الْاِيْمَانُ وَلٰكِنْ جَعَلْنٰهُ نُوْرًا نَّهْدِيْ بِهٖ مَنْ نَّشَاۗءُ مِنْ عِبَادِنَا ۭ وَاِنَّكَ لَتَهْدِيْٓ اِلٰى صِرَاطٍ مُّسْتَقِيْمٍ ﴿٥٢﴾

৫৩। অসুম্না ঐখোইনা ফোংদোকপিখি নংঙোন্দা লাই-পাও ঐখোইগী হুকুমনা। নংনা খঙলমদে কিতাবদু করি ওইরম্বা নত্রগা ধর্ম্মগী রারম (মতৌ করম্না তম্বিবা)। তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা ওইহনবিখি (রাপাও) অদুবু "মঙাল" অমা, মদুগী মতেংনা ঐখোইনা লমজিংবি ঐখোইনা অপাম্বা ইনাইশিংবু। তশেংবমক, নংনা লমজিংই (মীওইবশিংবু) অচুম্বা লম্বীদা—

صِرَاطِ اللّٰهِ الَّذِيْ لَهٗ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَمَا فِي الْاَرْضِ ۭ اَلَآ اِلَى اللّٰهِ تَصِيْرُ الْاُمُوْرُ ﴿٥٣﴾ ع

৫৪। অল্লাহগী লম্বীদা, মহাক্কীনি স্বর্গদা লৈরিবাপুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবাপুম্বা। য়েংউ! অল্লাহদা থবক পুম্নমক হনজল্লি।

# سُوْرَةُ الزُّخْرُفِ مَكِّيَّةٌ

(٤٣)

অল-জুখরুফ সূরহ ৪৩

(হিজরী মমাংদা থাখি. আয়াত মশিং ৯০ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা. থৌজালহৈবা. নুংশিহৈবা

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। থাগৎপদা মতিক চাগ্রবা. অচৌবা ইজ্জৎকী মপু (হমীদ মজীদ)।

حٰمٓ ②

৩। কসমনি তশেং- তশেংবা কিতাবকী.

وَالْكِتٰبِ الْمُبِيْنِ ③

৪। ঐখোইনা শেমখি মসিবু কুরআন ওইনা অরবী লোলদা অদুনা নখোইনা খঙনবা;

اِنَّا جَعَلْنٰهُ قُرْءٰنًا عَرَبِيًّا لَّعَلَّكُمْ تَعْقِلُوْنَ ④

৫। অদুগা তশেংবমক. মসি (ইদুনা) লৈ ঐখোইগী ইনাক্তা (তাইবঙপানবগী) মমা ওইরিবী কিতাবদা. চেংলৌ মগুণনা কৈরাক ওইনবনি (অমসুং) পাইমা লৌশিংনা পিক থনবনি।

وَاِنَّهٗ فِيْۤ اُمِّ الْكِتٰبِ لَدَيْنَا لَعَلِيٌّ حَكِيْمٌ ⑤

৬। ঐখোইনা থৈদোকসিরা পাও-নীংশিঙদু নখোইদগী মরমদি নখোই কা হেনবা মীশিংনি ?

اَفَنَضْرِبُ عَنْكُمُ الذِّكْرَ صَفْحًا اَنْ كُنْتُمْ قَوْمًا مُّسْرِفِيْنَ ⑥

৭। অদুগা ঐখোইনা নবী কয়া থাখিদ্রা মমাংঙৈদা লৈরম্বা মীশিংদা !

وَكَمْ اَرْسَلْنَا مِنْ نَّبِيٍّ فِي الْاَوَّلِيْنَ ⑦

৮। তৌইগুম্বসুং মখোইদা লাকখিবা নবী অমতা লৈতে মখোইনা নোক্নখিদবা মহাকপু।

وَمَا يَاْتِيْهِمْ مِّنْ نَّبِيٍّ اِلَّا كَانُوْا بِهٖ يَسْتَهْزِءُوْنَ ⑧

৯। মরমদুনা ঐখোইনা মাঙহনবিখি (জাতি কয়া) মখোইদু মপাঙ্গল কনবা হেনখি মখোইসিদগী অমসুং খুদম মমাংঙৈগী মীশিংগী হৌখ্রে (মখোইগী মমাংদা)।

فَاَهْلَكْنَاۤ اَشَدَّ مِنْهُمْ بَطْشًا وَّمَضٰى مَثَلُ الْاَوَّلِيْنَ ⑨

১০। অদুগা নংনা রা হংলবদি মখোইদা. "কনানা শেম-শাখিবগে স্বর্গ অমসুং পৃথিবী ?" মখোইনা শোয়দনমক হায়গনি ঃ "পাঙ্গলবা. পোৎ পুম্নমক খঙবা (অল্লাহ)না শেম-শাবিখি মখোইবু।"

وَلَىِٕنْ سَاَلْتَهُمْ مَّنْ خَلَقَ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضَ لَيَقُوْلُنَّ خَلَقَهُنَّ الْعَزِيْزُ الْعَلِيْمُ ⑩

১১। মহাকনা শেম্বিখি পৃথিবীসে নখোইগীদমক্তা তিপ্প-ফমুং ওইনা. অমসুং শেম্বিখি নখোইগীদমক্তা

الَّذِيْ جَعَلَ لَكُمُ الْاَرْضَ مَهْدًا وَّجَعَلَ لَكُمْ

লম্বী শরকশিং মদুগী মনুংদা, অদুনা নখোইনা তুং ইনজনবা অচুম্বা লম্বী :

فِيهَا سُبُلًا لَّعَلَّكُمْ تَهْتَدُونَ ﴿١٠﴾

১২। অমসুং মহাকনা তাহল্লি নোং-ঈশিং নোংদোলথক্তগী মতিকচাবা চাংদা, অমসুং ঐখোইনা মদুগী মতেংনা হিংগৎহল্লি শিরমলবা লম অমবু; অদুম্না নখোইবু থোকহনবিগনি।

وَالَّذِي نَزَّلَ مِنَ السَّمَاءِ مَاءً بِقَدَرٍ فَأَنشَرْنَا بِهِ بَلْدَةً مَّيْتًا ۚ كَذَٰلِكَ تُخْرَجُونَ ﴿١١﴾

১৩। অদুগা মহাকনা শেম-শাবিখি জোরাশিং পোৎ পুম্নমক্কী অমসুং শেম্বিখি নখোইগীদমক্তা জহাজশিং অমসুং যুমশাশিং মখোইগী মথক্তা নখোইনা তোংই,

وَالَّذِي خَلَقَ الْأَزْوَاجَ كُلَّهَا وَجَعَلَ لَكُم مِّنَ الْفُلْكِ وَالْأَنْعَامِ مَا تَرْكَبُونَ ﴿١٢﴾

১৪। অদুনা নখোই লেঙদনা ফম্বা য়াই মখোইগী মনমশিংদা, অমসুং নখোইনা লেঙদনা ফমলবা মতমদুদা মদুগী মথক্তা, নখোই নীংশিঙু থৌজাল নখোইগী মপুগী অমসুং হায়যু: "অশেংবনি মহাক্তি— মহাকনা মখা পোনহল্লি মখোইসি ঐখোইগী, অমসুং ঐখোই পাঙ্গল লৈরমদে তেহনবা মদু।

لِتَسْتَوُوا عَلَىٰ ظُهُورِهِ ثُمَّ تَذْكُرُوا نِعْمَةَ رَبِّكُمْ إِذَا اسْتَوَيْتُمْ عَلَيْهِ وَتَقُولُوا سُبْحَانَ الَّذِي سَخَّرَ لَنَا هَٰذَا وَمَا كُنَّا لَهُ مُقْرِنِينَ ﴿١٣﴾

১৫। "অমসুং ঐখোইগী মপুদা শোয়দনমক ঐখোই হনজনগনি।"

وَإِنَّا إِلَىٰ رَبِّنَا لَمُنقَلِبُونَ ﴿١٤﴾

১৬। অদুগা মহাক্কী মনাইশিংগী শরুক অমা মখোইনা হায়জিল্লি (মহাক্কী মচা নিপাশিংনি)। তশেংবমক মীদি ইফোং-ফোংনা তৌবিমল খঙদে।

وَجَعَلُوا لَهُ مِنْ عِبَادِهِ جُزْءًا ۚ إِنَّ الْإِنسَانَ لَكَفُورٌ مُّبِينٌ ﴿١٥﴾

২ শুবা রুকূ

১৭। নত্রগা মহাকনা লৌখ্রবা মহাক্কীদমক্তা নিঙোনশিং মহাকনা শেমখিবশিংগী মরক্তগী অমসুং সম্মান তৌবিখ্রবা নখোইবু মচা পিবাশিং পীবিদুনা?

أَمِ اتَّخَذَ مِمَّا يَخْلُقُ بَنَاتٍ وَأَصْفَاكُم بِالْبَنِينَ ﴿١٦﴾

১৮। অদুম ওইনমক মখোই কনাগুম্বদা পাওথুংবদা মহাকনা থৈজল্লিবা অদু(গুম্বা অমা পোকপ)গী থৌজালহৈবা (অল্লাহ)দা, মহাক্কী

وَإِذَا بُشِّرَ أَحَدُهُم بِمَا ضَرَبَ لِلرَّحْمَٰنِ مَثَلًا

ظَلَّ وَجْهُهٗ مُسْوَدًّا وَّهُوَ كَظِيْمٌ ﴿١٨﴾

মমায় মুশিন কাশিল্লি অমসুং ৱাবনা সোর ফুল্লি।

اَوَمَنْ يُّنَشَّؤُا فِي الْحِلْيَةِ وَهُوَ فِي الْخِصَامِ غَيْرُ مُبِيْنٍ ﴿١٩﴾

১৯। (মখোইনা থৈজিনব্রা মমান্নবা ওইনা অল্লাহদা) লিক-কোন্না (ঝন-ঝন) লৈতেংলবা অমসুং খৎনবদা ৱা ঙাঙবা (ফাওবা) ঙমজদবা অমবু?

وَجَعَلُوا الْمَلٰٓئِكَةَ الَّذِيْنَ هُمْ عِبٰدُ الرَّحْمٰنِ اِنَاثًا ؕ اَشَهِدُوْا خَلْقَهُمْ ؕ سَتُكْتَبُ شَهَادَتُهُمْ وَيُسْـَٔلُوْنَ ﴿٢٠﴾

২০। মখোইনা লৌই স্বর্গ দুতশিংবু, মখোই মনাইশিংনি থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)গী, নুপীশিং ওইনা। মখোইনা সাক্ষী ওইখিব্রা মখোইবু লৈশেম-নুংশেমখিবদা? অদু ওইরবদি মখোইগী সাক্ষী রিকোর্ড তৌবিগনি অমসুং মখোইবু ৱা হংবিগনি (ৱায়েল বিচারগী নুমিত্তা)।

وَقَالُوْا لَوْ شَآءَ الرَّحْمٰنُ مَا عَبَدْنٰهُمْ ؕ مَا لَهُمْ بِذٰلِكَ مِنْ عِلْمٍ ۗ اِنْ هُمْ اِلَّا يَخْرُصُوْنَ ﴿٢١﴾

২১। অদুগা মখোইনা হায়ঃ "থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)না চানবিরমলবদি, ঐখোইনা পূজা তৌরমলোই মখোইবু।" মখোই জ্ঞান করিমতা লৈতে মদুগী মরমদা; মখোই অসুম ভাবনা শাবতনি।

اَمْ اٰتَيْنٰهُمْ كِتٰبًا مِّنْ قَبْلِهٖ فَهُمْ بِهٖ مُسْتَمْسِكُوْنَ ﴿٢٢﴾

২২। নত্রগা ঐখোইনা পীখিব্রা মখোইদা কিতাব অমা অসিগী মমাংদা. অদুনা মখোইনা চেৎনা পায়খ্রব্রা মদুবু?

بَلْ قَالُوْٓا اِنَّا وَجَدْنَآ اٰبَآءَنَا عَلٰٓى اُمَّةٍ وَّاِنَّا عَلٰٓى اٰثٰرِهِمْ مُّهْتَدُوْنَ ﴿٢٣﴾

২৩। নত্তে, মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইনা ফংখি ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংনা চৎখিবা লম্বী অমা, অমসুং ঐখোইবু লমজিংবি মখোইগী খোঙ্গুলনা।"

وَكَذٰلِكَ مَآ اَرْسَلْنَا مِنْ قَبْلِكَ فِيْ قَرْيَةٍ مِّنْ نَّذِيْرٍ اِلَّا قَالَ مُتْرَفُوْهَآ ۙ اِنَّا وَجَدْنَآ اٰبَآءَنَا عَلٰٓى اُمَّةٍ وَّاِنَّا عَلٰٓى اٰثٰرِهِمْ مُّقْتَدُوْنَ ﴿٢٤﴾

২৪। অদুগা অসুম্না ঐখোইনা কদৌঙেদসু থাখিদে চেকশন-ৱা-হায়বা কনাগুম্বা অমতা নংগী মমাংদা শহর অমা ফাওবদা, তৌইগুম্বসুং মদুগী লম্লোইবশিংনা হায়খিঃ "ঐখোইনা ফংখি ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংনা চৎখিবা লম্বী অমা অমসুং ঐখোইনা তুং ইল্লি মখোইগী খোঙ্গুলশিং।"

قٰلَ اَوَلَوْ جِئْتُكُمْ بِاَهْدٰى مِمَّا وَجَدْتُّمْ عَلَيْهِ

২৫। (মখোইগী চেকশন-ৱা-হায়বা মীনা) হায়খিঃ "করি! ঐনা পুরকখ্রবদা লমজিং অমা হেন্না ফবা নখোইনা ফংখিবদগী নখোইগী নপা-নপুশিংনা লম্বীনখিবা?" মখোইনা

أبَآءَكُمۡ ۖ قَالُوٓا۟ إِنَّا بِمَآ أُرۡسِلۡتُم بِهِۦ كَـٰفِرُونَ ﴿٢٤﴾

পাওখুমখি ঃ "তশেংবমক ঐখোইনা থাজদে নংঙোন্দা শীন্নদুনা থারকখিবা (ধর্ম্ম) অদু।"

فَٱنتَقَمۡنَا مِنۡهُمۡ ۖ فَٱنظُرۡ كَيۡفَ كَانَ عَـٰقِبَةُ ٱلۡمُكَذِّبِينَ ﴿٢٥﴾

২৬। মরমদুনা ঐখোইনা চৈরাক থাবিখি মখোইবু। য়েংউ! করি পোল্লোই থোকখিবা (ধর্ম্ম পাওতাকপশিংবু) য়াখিদবশিংদু!

৩ শুবা রুকূ

وَإِذۡ قَالَ إِبۡرَٰهِيمُ لِأَبِيهِ وَقَوۡمِهِۦٓ إِنَّنِى بَرَآءٌ مِّمَّا تَعۡبُدُونَ ﴿٢٦﴾

২৭। অদুগা (নীংশিঙু) ইব্রাহীমনা হায়খি ঃ মহাক্কী মপাবুংদা অমসুং মহাক্কী মীশিংদা ঐনা তশেংনা য়াদে নখোইনা পুজা তৌরিবা (খোয়ম লাইশিং) অদুবু,

إِلَّا ٱلَّذِى فَطَرَنِى فَإِنَّهُۥ سَيَهۡدِينِ ﴿٢٧﴾

২৮। "নত্তনা ঐবু লৈশেম-নুংশেমবিখিবা মহাকদু অমসুং মহাকনা শোয়দনমক লমজিং-বিগনি ঐবু।"

وَجَعَلَهَا كَلِمَةًۢ بَاقِيَةً فِى عَقِبِهِۦ لَعَلَّهُمۡ يَرۡجِعُونَ ﴿٢٨﴾

২৯। অদুগা মহাকনা য়াথংনবিরমখ্রে (হোংবা-নাইদবা ধর্ম্ম মতকী) ৱাহৈ অমা মহাক্কী ধারাশিংগী মরক্তা, অদুনা মখোইনা মপুকনিং ওনশনজনবা (মপু অমতগী থৌগল তৌবদা)।

بَلۡ مَتَّعۡتُ هَـٰٓؤُلَآءِ وَءَابَآءَهُمۡ حَتَّىٰ جَآءَهُمُ ٱلۡحَقُّ وَرَسُولٌ مُّبِينٌ ﴿٢٩﴾

৩০। নত্তে, ঐনা পীবিখি মখোইবু অমসুং মখোইগী মপা মপুশিংবু নুংঙাই-য়াইফবা লাকখিদরিবা ফাওবা মখোইদা (থাঙ্গৈশেংবা) অচুম্বা অমসুং তশেং-তশেংবা ধর্ম্ম পাওতাকপা অমা।

وَلَمَّا جَآءَهُمُ ٱلۡحَقُّ قَالُوا۟ هَـٰذَا سِحۡرٌ وَإِنَّا بِهِۦ كَـٰفِرُونَ ﴿٣٠﴾

৩১। তৌইগুম্বসুং অচুম্দু লাকখ্রবা মতমদা মখোইদা, মখোইনা হায়খি ঃ- "মসি জাদু-মন্ত্রনি অমসুং ঐখোই তশেংনমক য়াদবশিংনি মসিদা।"

وَقَالُوا۟ لَوۡلَا نُزِّلَ هَـٰذَا ٱلۡقُرۡءَانُ عَلَىٰ رَجُلٍ مِّنَ ٱلۡقَرۡيَتَيۡنِ عَظِيمٍ ﴿٣١﴾

৩২ অমসুং মখোইনা হায় ঃ "করি মরমগী কুরআন অসি থাবিখিদবগে অচৌবা মীশক খরদা শহর অনিগী?"

أَهُمۡ يَقۡسِمُونَ رَحۡمَتَ رَبِّكَ ۚ نَحۡنُ قَسَمۡنَا بَيۡنَهُم مَّعِيشَتَهُمۡ فِى ٱلۡحَيَوٰةِ ٱلدُّنۡيَا ۚ وَرَفَعۡنَا بَعۡضَهُمۡ

৩৩। মখোইনা শরুক য়েনব্রা নংগী মপুগী থৌজালবু? ঐখোইননি শরুক য়েল্লিবদি মখোইগী মরক্তা মখোইগী হিংনাবগী পাম্বৈ তাইবঙ-পুন্সি অসিদা, অমসুং ঐখোইনা চাওহল্লি মখোই খরবু

অতোপ্পগী মথক্তা থাক, চাং অমদি মগুণদা, অদুনা মখোই খরনা সেবা লৌনবা অতোপ্পদগী। নংগী মপুগী থৌজালনা ফবা হেল্লি মখোইনা পৈশনবা (লন-থুম)দগী।

فَوْقَ بَعْضٍ دَرَجٰتٍ لِّيَتَّخِذَ بَعْضُهُمْ بَعْضًا سُخْرِيًّا ۗ وَرَحْمَتُ رَبِّكَ خَيْرٌ مِّمَّا يَجْمَعُوْنَ ﴿٣٢﴾

৩৪। অদুগা তাইবঙ মী পুম্নমক ওইরমদ্রবনিনা অপুনবা শীংলুপ অমা, ঐখোইনা পীরমগ নি রহ মান বু থাজদবশিংদা, চান্দিগী য়ুমথকশিং মখোইগী (লৈনবা) য়ুমশিংগী অমসুং (চান্দিগী) সিড়িশিং মদুদা মখোই কাখৎনবগী;

وَلَوْلَآ اَنْ يَّكُوْنَ النَّاسُ اُمَّةً وَّاحِدَةً لَّجَعَلْنَا لِمَنْ يَّكْفُرُ بِالرَّحْمٰنِ لِبُيُوْتِهِمْ سُقُفًا مِّنْ فِضَّةٍ وَّمَعَارِجَ عَلَيْهَا يَظْهَرُوْنَ ﴿٣٣﴾

৩৫। অমসুং (চান্দিগী) থোঙশিং মখোইগী য়ুমশিংগী অমসুং কাংথোনশিং (সু) মখোইগী হিপনবগী,

وَلِبُيُوْتِهِمْ اَبْوَابًا وَّسُرُرًا عَلَيْهَا يَتَّكِـُٔوْنَ ﴿٣٤﴾

৩৬। অমসুং সনাগী লৈতেংশিং। তৌইগুম্বসুং (অপান-অরং) পুম্নমকসি মতম খরদগী নুংঙাইবনি তাইবঙ পুন্সিগী; অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সি (গী নুংঙাইবা) নংগী মপুগী মনাক্তা লৈবদু ধর্ম্ম ফম্বেনবশিংগীদমকনি।

وَزُخْرُفًا ۗ وَاِنْ كُلُّ ذٰلِكَ لَمَّا مَتَاعُ الْحَيٰوةِ الدُّنْيَا ۗ وَالْاٰخِرَةُ عِنْدَ رَبِّكَ لِلْمُتَّقِيْنَ ﴿٣٥﴾

৪ শুবা রুকূ

৩৭। অদুগা কনাগুম্বনা মমায় ওথোকলবদি থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)বু নীংশিঙবদগী, ঐখোইনা পীবি শৈতান অমা মহাক্কীদমক, মহাক ওইরকই মহাক্কী তিন্নবা মরূপ।

وَمَنْ يَّعْشُ عَنْ ذِكْرِ الرَّحْمٰنِ نُقَيِّضْ لَهٗ شَيْطٰنًا فَهُوَ لَهٗ قَرِيْنٌ ﴿٣٦﴾

৩৮। অমসুং তশেংবমক (শৈতান) মখোইনা থিংই মখোইবু (অল্লাহগী) লম্বীদগী, তৌইগুম্বসুং মখোইনা খল্লি মখোই ইল্লি অচুম্বা লমজিং;

وَاِنَّهُمْ لَيَصُدُّوْنَهُمْ عَنِ السَّبِيْلِ وَيَحْسَبُوْنَ اَنَّهُمْ مُّهْتَدُوْنَ ﴿٣٧﴾

৩৯। অসি য়ৌবফাওবা, অসিগুম্বা মীতানা লাক্লবা মতমদা ঐখোইগী ইনাক্তা (শিবদগী অমুক হিংগৎহনবা নুমিত্তা), মহাকনা হায়গনি (মহাক্কী মরূপদা): "আঃ! ঐ অমসুং নংগী মরক্তা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী অরাপ্পমুক লৈরমলবদিকো! কয়াদা ফৎখিদ্রবা মরূপনো (মহাকসি)!"

حَتّٰىٓ اِذَا جَآءَنَا قَالَ يٰلَيْتَ بَيْنِيْ وَبَيْنَكَ بُعْدَ الْمَشْرِقَيْنِ فَبِئْسَ الْقَرِيْنُ ﴿٣٨﴾

৪০। অদুগা (ঐখোইনা _হায়বিগনি ঃ) নখোই ফংলোই কান্নবা করিমতা ঙসি নুমিত্তা, মরমদি নখোই অরানবা লম্বীনরম্মী; মদুগী মরম্না নখোই শরুক য়ামিন্নবা তাই (চপ মান্ননা) হ্বায়েল-চৈরাক্তা।

وَلَن يَنفَعَكُمُ الْيَوْمَ إِذ ظَّلَمْتُمْ أَنَّكُمْ فِي الْعَذَابِ مُشْتَرِكُونَ ﴿٣٩﴾

৪১। নং ঙস্না তাহনবা মনা পঙববু নত্তগা লমজিংবা মমিৎ তাঙববু অমসুং তশেং-তশেংনা অরানবা লম্বীনববু ?

أَفَأَنتَ تُسْمِعُ الصُّمَّ أَوْ تَهْدِي الْعُمْيَ وَمَن كَانَ فِي ضَلَالٍ مُّبِينٍ ﴿٤٠﴾

৪২। মরমদুনা ঐখোইনা পুথোকপিথ্রবদি (সংসারদগী) নংবু, ঐখোইনা শোয়দনমক লমল খুম্বিগনি মখোইগী মথক্তা,

فَإِمَّا نَذْهَبَنَّ بِكَ فَإِنَّا مِنْهُم مُّنتَقِمُونَ ﴿٤١﴾

৪৩। নত্তগা ঐখোইনা উহনগিনি নংবু ঐখোইনা হ্বাশকপিখিবদু মখোইদা, মরমদি তশেংবমক, ঐখোইগী শক্তি লৈ মখোইগী মথক্তা।

أَوْ نُرِيَنَّكَ الَّذِي وَعَدْنَاهُمْ فَإِنَّا عَلَيْهِم مُّقْتَدِرُونَ ﴿٤٢﴾

৪৪। মরমদুনা নং চেৎনা পায়্যু নংঙোন্দা ফোংদোকপিখিবদু ; করিনা হায়ববু নং তশেং-বমক ইল্লি অচুম্বা লম্বী।

فَاسْتَمْسِكْ بِالَّذِي أُوحِيَ إِلَيْكَ ۖ إِنَّكَ عَلَىٰ صِرَاطٍ مُّسْتَقِيمٍ ﴿٤٣﴾

৪৫। অদুগা থাঙ্গৈমকশেংনা (কুরআন) অসি থক-থোংবা ওইনভাই (পোৎ)নি নংগী অমসুং নংগী মীশিংগীদমক; অমসুং নখোইদা হ্বা হংবিগনি।

وَإِنَّهُ لَذِكْرٌ لَّكَ وَلِقَوْمِكَ ۖ وَسَوْفَ تُسْأَلُونَ ﴿٤٤﴾

৪৬। অদুগা হংঙু ঐখোইগী ধর্ম্ম পাওতাকপশিং ঐখোইনা থাখিবদুদা নংগী মমাংদা ঃ ঐখোইনা করিগুম্বা খনখিব্রা (মখোইগীদমক্তা অতোপ্পা) খোয়ম লাইশিং পুজা তৌনবগী থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ) নত্তনা ?

وَاسْأَلْ مَنْ أَرْسَلْنَا مِن قَبْلِكَ مِن رُّسُلِنَا أَجَعَلْنَا مِن دُونِ الرَّحْمَٰنِ آلِهَةً يُعْبَدُونَ ﴿٤٥﴾

৫ শুবা রুকূ

৪৭। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা থাখি মুসাবু লোয়ননা ঐখোইগী খুদমশিংগা ফিরঔন অমসুং মহাক্কী অঙম্বশিংদা, মরমদুনা মহাকনা হায়খি ঃ "ঐসে তশেংবমক ধর্ম্ম পাওতাকপা মী অমনি সংসার পুম্নমক্কী মপুগী।"

وَلَقَدْ أَرْسَلْنَا مُوسَىٰ بِآيَاتِنَا إِلَىٰ فِرْعَوْنَ وَمَلَئِهِ فَقَالَ إِنِّي رَسُولُ رَبِّ الْعَالَمِينَ ﴿٤٦﴾

৪৮। তৌইগুম্বসুং মহাকনা লাকখিবা মতমদা মখোইদা লোয়ননা ঐখোইগী খুদমশিংগা, য়েংউ মখোইনা করেম-কথাইনবিখি মখোইবু।

فَلَمَّا جَآءَهُم بِـَٔايَـٰتِنَآ إِذَا هُم مِّنْهَا يَضْحَكُونَ ﴿٤٧﴾

৪৯। অদুগা ঐখোইনা উহনখিদে মখোইদা খুদম অমতা মসি নত্তনা অহেনবা মাং থাখিবা (খুদমশিং)দগী; অমসুং ঐখোইনা লাঙ্গোয় চনবিখি মখোইবু ৱায়েল-চৈরাক্তা, অদুনা মখোই শাজৎ হোংনবা (ঐখোইগী মায়কৈদা)।

وَمَا نُرِيهِم مِّنْ ءَايَةٍ إِلَّا هِىَ أَكْبَرُ مِنْ أُخْتِهَا ۖ وَأَخَذْنَـٰهُم بِٱلْعَذَابِ لَعَلَّهُمْ يَرْجِعُونَ ﴿٤٨﴾

৫০। অদুগা মখোইনা হায়খি "হে জাদু হৈবা মী! হায়জবিয়ু ঐখোইগীদমক্তা নংগী মপুদা, মহাকনা নংঙোন্দা তৌবিখিবা করারগী মতুংইন্না (বন্দ তৌবিরবদি ঐখোইগী অৱাবসি), ঐখোই শোয়দনমক ইনজগনি লমজিং।"

وَقَالُوا۟ يَـٰٓأَيُّهَ ٱلسَّاحِرُ ٱدْعُ لَنَا رَبَّكَ بِمَا عَهِدَ عِندَكَ إِنَّنَا لَمُهْتَدُونَ ﴿٤٩﴾

৫১। তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা লৌথোকপিগ্রবদা ৱায়েল-চৈরাক মখোইদগী, য়েংউ! মখোইনা থুগায়খি মখোইগী ৱাশক।

فَلَمَّا كَشَفْنَا عَنْهُمُ ٱلْعَذَابَ إِذَا هُمْ يَنكُثُونَ ﴿٥٠﴾

৫২। অদুগা ফিরঔন্না লাউথোকখি মহাক্কী মীশিংদা (অসি হায়দুনা): "হো ঐগী কাংলুপ! লমলেন মিসর লৈবাকসি ঐগী নত্তব্রা অমসুং ঐগী খুয়া খাদা চেল্লিবা তুরেলশিং (অসিবু ঐগী নত্তব্রা)? নখোইবু উদব্রা?

وَنَادَىٰ فِرْعَوْنُ فِى قَوْمِهِۦ قَالَ يَـٰقَوْمِ أَلَيْسَ لِى مُلْكُ مِصْرَ وَهَـٰذِهِ ٱلْأَنْهَـٰرُ تَجْرِى مِن تَحْتِىٓ ۖ أَفَلَا تُبْصِرُونَ ﴿٥١﴾

৫৩। "নত্ত্রগা ঐনা ফবা হেনবনি (মরূপ) অসিদগী—মহাক্তি তুক্কচনবগী মশক ওইবনি অমসুং ৱা ঙাঙবদা জর-জর হায়বা ঙমদবনি।

أَمْ أَنَا۠ خَيْرٌ مِّنْ هَـٰذَا ٱلَّذِى هُوَ مَهِينٌ وَلَا يَكَادُ يُبِينُ ﴿٥٢﴾

৫৪। "করি মরমগী পাখিদবগে সনাগী খুজিশিং মঙোন্দা নত্ত্রগা স্বর্গ দুতশিং লোয়নহনবিদবগে মহাকপু পরেং নাইনা?"

فَلَوْلَآ أُلْقِىَ عَلَيْهِ أَسْوِرَةٌ مِّن ذَهَبٍ أَوْ جَآءَ مَعَهُ ٱلْمَلَـٰٓئِكَةُ مُقْتَرِنِينَ ﴿٥٣﴾

৫৫। অসুম্না মহাকনা তয়াং-তয়াংনা খনহনবিখি মুসাগী (মতিক মগুণ) মহাক্কী মীশিংবু অমসুং মখোইনা ইনখি মহাক্কী ময়াথং। তশেংবমক মখোই ওইরম্মী লমচৎ নাইদবা মীশিং।

فَٱسْتَخَفَّ قَوْمَهُۥ فَأَطَاعُوهُ ۚ إِنَّهُمْ كَانُوا۟ قَوْمًا فَـٰسِقِينَ ﴿٥٤﴾

فَلَمَّآ اٰسَفُوْنَا انْتَقَمْنَا مِنْهُمْ فَاَغْرَقْنٰهُمْ اَجْمَعِيْنَ ﴿٥٦﴾

৫৬। মরমদুনা, মখোইনা শাউহনখ্রবদা ঐখোইবু, ঐখোইনা লমল খুম্বিখি মখোইবু, অমসুং ঈরাক্লহনবিখি মখোই পুম্নমকবু (লাইজা ঈরেন অচৌবদা) ;

فَجَعَلْنٰهُمْ سَلَفًا وَّمَثَلًا لِّلْاٰخِرِيْنَ ﴿٥٧﴾

৫৭। অমসুং ঐখোইনা ওইহনবিখি মদু হৌখ্রবা পোৎ অমা অমসুং (নীংশিঙনবগী) খুদম অমা তুংদা হৌরকলিবা মীরোনশিংদা।

৬ শুবা রুকূ

وَلَمَّا ضُرِبَ ابْنُ مَرْيَمَ مَثَلًا اِذَا قَوْمُكَ مِنْهُ يَصِدُّوْنَ ﴿٥٨﴾

৫৮। অদুগা মরয়মগী মচা নিপাবু পনবা মতমদা খুদম অমা ওইনা, য়েংউ! নংগী নশাগৈনা লাউ খোঙই মদুদা ;

وَقَالُوْٓا ءَاٰلِهَتُنَا خَيْرٌ اَمْ هُوَ ۭ مَا ضَرَبُوْهُ لَكَ اِلَّا جَدَلًا ۭ بَلْ هُمْ قَوْمٌ خَصِمُوْنَ ﴿٥٩﴾

৫৯। অমসুং (ইজ্জৎ য়েংদনা) মখোইনা হায়ঃ ঐখোইগী খোয়ম লাইশিংনা হেন্না ফব্রা নত্রগা মহাকনা (হেন্না ফব্রা)? মখোইনা পল্লি মহাকপু নংঙোন্দা চীন্দান্নদুনা খৎননবগীদমক্তা। নত্তে, মখোইসে খৎনগনবা মীশিংনি।

اِنْ هُوَ اِلَّا عَبْدٌ اَنْعَمْنَا عَلَيْهِ وَجَعَلْنٰهُ مَثَلًا لِّبَنِيْٓ اِسْرَاۗءِيْلَ ﴿٦٠﴾

৬০। মহাক করিসু ওইরমদে ঐখোইগী ইনাই অমা নত্তনা মঙোন্দা ঐখোইনা পীবিখি ঐখোইগী থৌজাল, অমসুং ঐখোইনা ওইহনবিখি মহাকপু খুদম অমা ইস্রাঈল মচাশিংগীদমক্তা।

وَلَوْ نَشَاۗءُ لَجَعَلْنَا مِنْكُمْ مَّلٰۗىِٕكَةً فِي الْاَرْضِ يَخْلُفُوْنَ ﴿٦١﴾

৬১। অদুগা ঐখোইনা করিগুম্বা তৌনীং-লমলবদি, ঐখোইনা থম্বিরমগনি স্বর্গ দূতশিংবু নখোইগী মরক্তা (ঐখোইগী) মহুৎ শীনবশিং ওইনা মালেমথক্তা।

وَاِنَّهٗ لَعِلْمٌ لِّلسَّاعَةِ فَلَا تَمْتَرُنَّ بِهَا وَاتَّبِعُوْنِ ۭ هٰذَا صِرَاطٌ مُّسْتَقِيْمٌ ﴿٦٢﴾

৬২। তৌইগুম্বসুং মহাক তশেংবমক খুদম অমনি (ইস্রাঈলগী ইমুংদগী নবীগী খুবম চৎখিবগী) পুংফমগী। মরমদুনা নখোই চিংনগনু (পুংফম) অদুগী মরমদা অমসুং ঐগী তুং ইল্লু। মসি অচুম্বা লম্বীনি।

وَلَا يَصُدَّنَّكُمُ الشَّيْطٰنُ ۚ اِنَّهٗ لَكُمْ عَدُوٌّ مُّبِيْنٌ ﴿٦٣﴾

৬৩। অদুগা শৈতান্না অথিংবা (অমসুং অয়েৎপা) পীদসনু নখোইদা। তশেংবমক, মহাক্তি অফোংবা য়েক্লবনি নখোইদা।

৬৪। অদুগা ঈসানা লাকখিবা মতমদা নখোইদা তশেংবা দলিলগা লোয়ননা, মহাকনা হায়খি ঃ "ঐ তশেংনা লাকলবনি নখোইদা লোয়ননা মহৈ-মশিংগা অমসুং খঙহন্নবগী নখোইবু রা খরা মদুগী মরমদা নখোই য়ানদে। মরমদুনা কিয়ু অল্লাহবু অমসুং ইল্লু ঐনা হায়বদা।

وَلَمَّا جَآءَ عِيسٰى بِالْبَيِّنٰتِ قَالَ قَدْ جِئْتُكُمْ بِالْحِكْمَةِ وَلِأُبَيِّنَ لَكُمْ بَعْضَ الَّذِي تَخْتَلِفُونَ فِيهِ ۚ فَاتَّقُوا اللّٰهَ وَأَطِيعُونِ ﴿٦٤﴾

৬৫। "থাজৈশেংবমক, অল্লাহ—মহাক ঐগী মপুনি অমসুং নখোইগীসু মপুনি। মরমদুনা থৌগাল তৌ মহাকপু। মসি অচুম্বা লম্বীনি।"

إِنَّ اللّٰهَ هُوَ رَبِّي وَرَبُّكُمْ فَاعْبُدُوهُ ۚ هٰذَا صِرَاطٌ مُّسْتَقِيمٌ ﴿٦٥﴾

৬৬। তৌইগুম্বসুং (ইস্রাঈলশিং) মখোইগী মরক্তা পুনশিল্লবা খুৎপুশিং তোখায় তানখি। মরমদুনা অরাবনি অরানবা লম্বীনবশিংদু, মরমদি রায়েল-চৈরাক থাবিগদৌরিবদু অরাবগী মশক ওইবা নুমিৎ অমদা!

فَاخْتَلَفَ الْأَحْزَابُ مِنْ بَيْنِهِمْ ۚ فَوَيْلٌ لِّلَّذِينَ ظَلَمُوا مِنْ عَذَابِ يَوْمٍ أَلِيمٍ ﴿٦٦﴾

৬৭। মখোইনা ঙাইবতা থংব্রা পুংফমদু ইখঙ-খঙহৌদনা লাকপা মখোইদা মখোইনা করিসু খঙহৌদবদা (মদু)।

هَلْ يَنْظُرُونَ إِلَّا السَّاعَةَ أَنْ تَأْتِيَهُمْ بَغْتَةً وَّهُمْ لَا يَشْعُرُونَ ﴿٦٧﴾

৬৮। কোরৌ নোংজা অদুদা মরূপ-মপিজাশিং ওইগনি মহৈ-মহৈ য়েক্লবশিং, নত্তনা ঈমান ফম্বৈনবশিং।

৭ শুবা রুকূ

اَلْأَخِلَّآءُ يَوْمَئِذٍ بَعْضُهُمْ لِبَعْضٍ عَدُوٌّ إِلَّا الْمُتَّقِينَ ﴿٦٨﴾ ع

৬৯। (অল্লাহনা লাউথোকপিগনি অসুম্না ঃ) "হে ঐগী ইনাইশিং! ঙসি নুমিত্তা নখোই কিনঙাই করিসু লৈতে নত্তগা রানঙাইসু থোক্তে ;

يٰعِبَادِ لَا خَوْفٌ عَلَيْكُمُ الْيَوْمَ وَلَآ أَنْتُمْ تَحْزَنُونَ ﴿٦٩﴾

৭০। "নখোই থাজত্রবশিং ঐখোইগী পাওজেন-শিংদা অমসুং মুসলিম ওইত্রবশিং ;

اَلَّذِينَ آمَنُوا بِآيٰتِنَا وَكَانُوا مُسْلِمِينَ ﴿٧٠﴾

৭১। "চঙলো স্বর্গ লৈকোন্দা, নখোই অমসুং নখোইগী নতালোইশিং, পুকনিং হরাওনা।"

اُدْخُلُوا الْجَنَّةَ أَنْتُمْ وَأَزْوَاجُكُمْ تُحْبَرُونَ ﴿٧١﴾

৭২। মখোইদা কোয়লান—লানশিনগনি সনাগী প্লেট অমসুং কপশিং মনুং অদুদা ফংগনি (মখোইগী) থরাইশিংনা পাম্বা অমসুং মিৎশিংনা (য়েংবদা) নুংঙাইবা পুম্নমক; অমসুং মদুগী

يُطَافُ عَلَيْهِمْ بِصِحَافٍ مِّنْ ذَهَبٍ وَّأَكْوَابٍ ۚ وَفِيهَا مَا تَشْتَهِيهِ الْأَنْفُسُ وَتَلَذُّ الْأَعْيُنُ وَأَنْتُمْ

فِيهَا خَٰلِدُونَ ﴿٧١﴾

মনুংদা মখোই লৈরগনি (মতম চুপ্পা)।

وَتِلْكَ ٱلْجَنَّةُ ٱلَّتِىٓ أُورِثْتُمُوهَا بِمَا كُنتُمْ تَعْمَلُونَ ﴿٧٢﴾

৭৩। অদুগা মসি স্বর্গ লৈকোন্নি, নখোইদা মসি পীবিখ্রে স্বত্ব ওইনা নখোইগী তৌজ মতিকমলগী (সংসারগী ধর্ম্ম খোঙফমদা)।

لَكُمْ فِيهَا فَٰكِهَةٌ كَثِيرَةٌ مِّنْهَا تَأْكُلُونَ ﴿٧٣﴾

৭৪। মদুগী মনুংদা লৈ নখোইগীদমক্তা (অহাউবা অথুম্বা) উহৈশিং মদু নখোইনা চাগনি (পুকনিং থুংনা)।

إِنَّ ٱلْمُجْرِمِينَ فِى عَذَابِ جَهَنَّمَ خَٰلِدُونَ ﴿٧٤﴾

৭৫। তশেংবমক মরাল লৈরবশিংদি লৈগনি নরক্কী অরাফমদা (য়াওন্নদুনা);

لَا يُفَتَّرُ عَنْهُمْ وَهُمْ فِيهِ مُبْلِسُونَ ﴿٧٥﴾

৭৬। মদু চাং হন্থহনবিরোই মখোইগীদমক্তা অমসুং মখোই আশা মাঙলগনি মদুগী মনুংদা।

وَمَا ظَلَمْنَٰهُمْ وَلَٰكِن كَانُوا۟ هُمُ ٱلظَّٰلِمِينَ ﴿٧٦﴾

৭৭। অদুগা ঐখোইনা অরানবা করিসু তৌবিখিদে মখোইদা, তৌইগুম্বসুং মখোই মশামক্না তৌজখিবনি অরানবা।

وَنَادَوْا۟ يَٰمَٰلِكُ لِيَقْضِ عَلَيْنَا رَبُّكَ ۖ قَالَ إِنَّكُم مَّٰكِثُونَ ﴿٧٧﴾

৭৮। অদুগা মখোইনা হায়জগনি (নরক পান্নরিবদা)ঃ "হে মালিক! নংগী মপুদা (খরা হায়বিয়ু) লোয়শিনবিনবা ঐখোইবু।" মহাকনা হায়গনিঃ "নখোই লৈবা তাই।"

لَقَدْ جِئْنَٰكُم بِٱلْحَقِّ وَلَٰكِنَّ أَكْثَرَكُمْ لِلْحَقِّ كَٰرِهُونَ ﴿٧٨﴾

৭৯। (অল্লাহনা হায়বিগনিঃ) "ঐখোইনা তশেংবমক পুরকখি নখোইদা অচুম্বা, তৌইগুম্বসুং নখোই অয়াম্বনা পামখিদে অচুম্বদু।"

أَمْ أَبْرَمُوٓا۟ أَمْرًا فَإِنَّا مُبْرِمُونَ ﴿٧٩﴾

৮০। নত্রগা মখোইনা তৌনীংব্রা করিগুম্বা থৌওং অমা (নংবু মাঙহন্নবগী): অদু ওইরবদি, ঐখোইসু চপযুংনা তৌগে নীংলি (মখোইগী মথক্তা, মখোইনা অনম কল্লবদি)।

أَمْ يَحْسَبُونَ أَنَّا لَا نَسْمَعُ سِرَّهُمْ وَنَجْوَىٰهُم ۚ بَلَىٰ وَرُسُلُنَا لَدَيْهِمْ يَكْتُبُونَ ﴿٨٠﴾

৮১। নত্রগা মখোইনা খনব্রা ঐখোইনা তাদে মখোইগী অথুপ্পা রা অমসুং তুমিন্না রা শুংনবা? মদু নত্তে, ঐখোইগী দুতশিং মখোইগা লৈমিন্নরিবনা ইশল্লি (মখোইনা ঙাঙনবাপুম্বা)।

قُلْ إِن كَانَ لِلرَّحْمَٰنِ وَلَدٌ فَأَنَا۠ أَوَّلُ

৮২। হায়য়ুঃ "থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)গী মচা নিপা অমা করিগুম্বা লৈরমলবদি, ঐনা ওইরমগনি

ইহান-হানবা (মহাক্কী) থৌগল তৌবশিংগী।

الْعٰبِدِيْنَ ﴿٨١﴾

৮৩। অশেংবনি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী (লৈশেম-নুংশেম্বা) মপু (অমসুং) কোইরেল ফম্বালগী মপু (মহাক্তি) ৱাংনা লৈখ্রবনি মখোইনা হায়জিল্লিবা খিবিক্তগী।

سُبْحٰنَ رَبِّ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ رَبِّ الْعَرْشِ عَمَّا يَصِفُوْنَ ﴿٨٢﴾

৮৪। মরমদুনা মখোই ৱারেম শুজসনু অমসুং নোক-খেদুনা হরাওজসনু মখোইনা থেংনদরিবা ফাওবা মখোইগী (ৱায়েল বিচারগী) নুমিৎ মখোইদা ৱাশকপিখিবদু।

فَذَرْهُمْ يَخُوْضُوْا وَيَلْعَبُوْا حَتّٰى يُلٰقُوْا يَوْمَهُمُ الَّذِيْ يُوْعَدُوْنَ ﴿٨٣﴾

৮৫। অদুগা মহাক্তি চীঙু লাইনি স্বর্গদা, অমসুং চীঙু লাইনি পৃথিবীদা ; অমসুং মহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

وَهُوَ الَّذِيْ فِي السَّمَآءِ اِلٰهٌ وَّفِي الْاَرْضِ اِلٰهٌ ۗ وَهُوَ الْحَكِيْمُ الْعَلِيْمُ ﴿٨٤﴾

৮৬। অদুগা য়াইফখোল লৈবনি মহাক্তি—মহাক্কী শাসন্নি স্বর্গদা অমসুং পৃথিবীদা অমসুং অনিগী মরক্তা মখোইগী ; অমসুং মহাকনা খঙই পুংফমদুগী ৱা অমসুং মঙোন্দা নখোই (পুম্নমক) হনজনগনি।

وَتَبٰرَكَ الَّذِيْ لَهٗ مُلْكُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ وَمَا بَيْنَهُمَا ۚ وَعِنْدَهٗ عِلْمُ السَّاعَةِ ۚ وَاِلَيْهِ تُرْجَعُوْنَ ﴿٨٥﴾

৮৭। অদুগা মখোইনা কৌজরিবা অল্লাহ নত্তবা মখোইদুনা শক্তি করিসু লৈতে ৱা তাইশন্নবগী, নত্তনা অচুম্বগী সাক্ষী পীখিবা মহাকদু অমসুং মখোইনা মুন্না খঙই (মহাকপু)।

وَلَا يَمْلِكُ الَّذِيْنَ يَدْعُوْنَ مِنْ دُوْنِهِ الشَّفَاعَةَ اِلَّا مَنْ شَهِدَ بِالْحَقِّ وَهُمْ يَعْلَمُوْنَ ﴿٨٦﴾

৮৮। অদুগা নংনা ৱা হংলবদি মখোইদা ঃ "কনানা শেম-শাবিখিবা মখোইবু ?" মখোইনা শোয়দনমক হায়গনি ঃ "অল্লাহ"না। করি মরমগী মখোই মমায় ওন্থোকলিবা ?

وَلَئِنْ سَاَلْتَهُمْ مَّنْ خَلَقَهُمْ لَيَقُوْلُنَّ اللّٰهُ فَاَنّٰى يُؤْفَكُوْنَ ﴿٨٧﴾

৮৯। মহাকনা (হন্না হন্না) হায়খি ঃ "হো ঐগী মপুও ! তশেংবমক মখোইসি অচুম্বা থাজর-রোইদবা মীশিংনি।"

وَقِيْلِهٖ يٰرَبِّ اِنَّ هٰٓؤُلَآءِ قَوْمٌ لَّا يُؤْمِنُوْنَ ﴿٨٨﴾

৯০। মরমদুনা (পাওখুম্বিখি মহাক্কী মপুনা,) নমায় ওন্থোকও মখোইদগী (মতম খরদং) অমসুং হায়য়ু ঃ "শান্তি !" অসিগী মতুংদা মখোই থুনা খঙলক্কনি (মখোইগী অরানবা)।

فَاصْفَحْ عَنْهُمْ وَقُلْ سَلٰمٌ ۚ فَسَوْفَ يَعْلَمُوْنَ ﴿٨٩﴾

# سُورَةُ الدُّخَانِ مَكِّيَّةٌ (٤٤)

সূরহ ৪৪. অল-দুখান

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৬০ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহেবা, নুংশিহেবা।

حٰمٓ ②

২। থাগৎপদা মতিক চাখ্রবা, অচৌবা ইজ্জৎকী মপু (হমীদ মজীদ)।

وَالْكِتٰبِ الْمُبِيْنِ ③

৩। কসমনি তশেং-তশেংবা কিতাবকী,

اِنَّآ اَنْزَلْنٰهُ فِيْ لَيْلَةٍ مُّبٰرَكَةٍ اِنَّا كُنَّا مُنْذِرِيْنَ ④

৪। তশেংবমক, ঐখোইনা থাবিখি মসি য়াইফখোল লৈবা অহিং তামদা। তশেংবমক, ঐখোইদি (মতমপুম্বদা) চেকশন্নবা হায়বিবনি (ভাইবঙ মীবু ফত্তবা থাদোক্লবগী)।

فِيْهَا يُفْرَقُ كُلُّ اَمْرٍ حَكِيْمٍ ⑤

৫। (অহিং) অদুদা জ্ঞানগী থবক পুম্নমক্কী রা লেপ্পিখি,

اَمْرًا مِّنْ عِنْدِنَا اِنَّا كُنَّا مُرْسِلِيْنَ ⑥

৬। ঐখোইগী ইয়াথংনা। থাঙ্গৈশেংবমক, ঐখোইনা মতম লৈবা খিবিক্তা থাবি (ধর্ম্ম পাওতাকপশিং);

رَحْمَةً مِّنْ رَّبِّكَ اِنَّهٗ هُوَ السَّمِيْعُ الْعَلِيْمُ ⑦

৭। থৌজাল ওইনা নংগী মপুগী মায়কৈদগী। তশেংবমক, মহাক্তি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি,

رَبِّ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ وَمَا بَيْنَهُمَا اِنْ كُنْتُمْ مُّوْقِنِيْنَ ⑧

৮। মপুনি স্বর্গগী অমসুং পৃথিবীগী অমসুং অনিগী মরক্তা লৈবা পুম্নমক্কীসু; নখোইনা (তশেংনা) থাজবা মওইরবদি।

لَآ اِلٰهَ اِلَّا هُوَ يُحْيٖ وَيُمِيْتُ رَبُّكُمْ وَرَبُّ اٰبَآئِكُمُ الْاَوَّلِيْنَ ⑨

৯। চীঙু লাই কনামতা লৈতে মহাক নত্তুনা, মহাকনা হিংহল্লি অমসুং মহাকনা শিহল্লি। মহাক নখোইগী (য়োকপি-থাকপিরিবা) মপুনি অমসুং মপুনি নখোইগী নপা নপুশিংগী।

بَلْ هُمْ فِيْ شَكٍّ يَّلْعَبُوْنَ ⑩

১০। তৌইগুম্বসুং মখোইনা চিংনবা শরুক্লদুনা নোক-খেদুনা হরাও-নুংঙাইথোকলি।

فَارْتَقِبْ يَوْمَ تَأْتِي السَّمَآءُ بِدُخَانٍ

১১। মরমদুনা নং ঙাইদুনা লৈয়ু নুমিৎ অদু

مُّبِينٍ ﴿١١﴾

(লাকপা) মদুদা কোরৌ নোংমদোলদগী থোরক্কনি তশেং-তশেংবা মৈখু,

يَغْشَى النَّاسَ ۖ هَٰذَا عَذَابٌ أَلِيمٌ ﴿١٢﴾

১২। মদুনা কুপশনগনি মীশিংবু। মসি অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাকনি।

رَّبَّنَا اكْشِفْ عَنَّا الْعَذَابَ إِنَّا مُؤْمِنُونَ ﴿١٣﴾

১৩। (মতমদুদা মীশিংনা লাউগনি ঃ) "ঐখোইগী মপুও! লৌথোকপিয়ু ঐখোইদগী শাস্তীবা অৱাবসি; ঐখোই তশেংনা ওইজরবনি থাজবশিং (নহাক্কী পাওজেন্দা)।"

أَنَّىٰ لَهُمُ الذِّكْرَىٰ وَقَدْ جَاءَهُمْ رَسُولٌ مُّبِينٌ ﴿١٤﴾

১৪। পাওতাকনা কয়া য়াম্না কান্নহনগনি মখোইবু (মখোইগী ফিবম অসিদা), মখোইদা লাকখ্রবদা ধর্ম্ম পাওতাকপা অমা, (অচুম্বা) তশেংনা হায়দোকপা;

ثُمَّ تَوَلَّوْا عَنْهُ وَقَالُوا مُعَلَّمٌ مَّجْنُونٌ ﴿١٥﴾

১৫। অদুগী তুংদা মখোইনা মমায় ওন্থোকখি মঙোন্দগী অমসুং হায়খি: "(মহাকপু) তম্বিবনি (অতোপ্পনা), অঙাওবা মীনি।"

إِنَّا كَاشِفُو الْعَذَابِ قَلِيلًا ۚ إِنَّكُمْ عَائِدُونَ ﴿١٦﴾

১৬। ঐখোইনা লৌথোকপিগনি অৱাবদু মতম খরদংগী, (তৌইগুম্বসুং) নখোই শোয়দনমক হনজনগনি (নখোইগী ফত্তবা শাজত্তা)।

يَوْمَ نَبْطِشُ الْبَطْشَةَ الْكُبْرَىٰ إِنَّا مُنتَقِمُونَ ﴿١٧﴾

১৭। নুমিৎ অদুদা ঐখোইনা ফাজনবদা (মখোইবু) অকনবা খুৎফানা, ঐখোইনা শোয়দনমক লমল শিংবিগনি।

وَلَقَدْ فَتَنَّا قَبْلَهُمْ قَوْمَ فِرْعَوْنَ وَجَاءَهُمْ رَسُولٌ كَرِيمٌ ﴿١٨﴾

১৮। অদুগা ঐখোইনা তশেংবমক চাংয়েং তৌবিখি মখোইগী মমাংদা ফিরঔনগী মীশিংবু অমসুং লাকখি মখোইদা ঈকাইখুম্নমনঙাই মশক ওইবা ধর্ম্ম পাওতাকপা অমা,

أَنْ أَدُّوا إِلَيَّ عِبَادَ اللَّهِ ۖ إِنِّي لَكُمْ رَسُولٌ أَمِينٌ ﴿١٩﴾

১৯। অসি হায়দুনা: "পীথোকও ঐঙোন্দা অল্লাহগী মনাইশিং। তশেংবমক, ঐসে থাজবা য়াবা (অল্লাহগী) দুতনি নখোইদা,

وَأَن لَّا تَعْلُوا عَلَى اللَّهِ ۖ إِنِّي آتِيكُم بِسُلْطَانٍ مُّبِينٍ ﴿٢٠﴾

২০। "অমসুং নখোই নাপল-লুথোংনগনু অল্লাহগী মায়োক্তা। থাঙ্গেশেংবমক, ঐ পুরকলি তশেং-তশেংবা দলিল নখোইদা;

وَإِنِّي عُذْتُ بِرَبِّي وَرَبِّكُمْ أَن تَرْجُمُونِ ﴿٢٠﴾

২১। "অমসুং ঐনা হঙ্গৎচরি ঙাকপিনবা ঐগী মপুদা অমসুং নংগী (সু) মপুদা, অদুনা নংনা নুংনা থাদুনা হাৎপিদনবা ঐবু।

وَإِن لَّمْ تُؤْمِنُوا لِي فَاعْتَزِلُونِ ﴿٢١﴾

২২। "অদুগা নংনা থাজবিদ্রবদি ঐবু, থাদোকপিয়ু ঐত্তোবু।"

فَدَعَا رَبَّهُ أَنَّ هَٰؤُلَاءِ قَوْمٌ مُّجْرِمُونَ ﴿٢٢﴾

২৩। অদুগী তুংদা মহাকনা হঙ্গৎচখি মহাক্কী মপুদা (অসি হায়দুনা) ঃ "(ঐগী মপুও!) মখোইসি তশেংনমক পাপ তৌবা মীশিংনি।"

فَأَسْرِ بِعِبَادِي لَيْلًا إِنَّكُم مُّتَّبَعُونَ ﴿٢٣﴾

২৪। (মহাক্কী মপুনা তাকপিখি ঃ) "পুদুনা চৎখ্রো ঐগী ইনাইশিংবু অহিং তাংলৌদা ; নংবু শোয়দনমক তান্নরক্কনি,

وَاتْرُكِ الْبَحْرَ رَهْوًا إِنَّهُمْ جُندٌ مُّغْرَقُونَ ﴿٢٤﴾

২৫। "অমসুং থাদোকলম্মু সমুদ্র অদু ঈংথরকপা (ফিবমদা, অমসুং তুজুং মিপাইগনু নখোইবু ফাখিনি হায়বগী)। তশেংবমক মখোই তেঙ্গোল অমনি দশা তারগদবা ঈরাক্লবগী (সমুদ্র ঈপাক্তা)।"

كَمْ تَرَكُوا مِن جَنَّاتٍ وَعُيُونٍ ﴿٢٥﴾

২৬। কয়া য়াম্না মখোইনা থাদোকলমখ্রবা হৈকোন-লৈকোনশিং অমসুং ঈশিং ঈফুৎশিং,

وَزُرُوعٍ وَمَقَامٍ كَرِيمٍ ﴿٢٦﴾

২৭। অমসুং লৌবুকশিং অমসুং ফজখ্রবা য়ুমশিং,

وَنَعْمَةٍ كَانُوا فِيهَا فَاكِهِينَ ﴿٢٧﴾

২৮। অমসুং নুংঙাইখ্রবা মতেফমশিং অমসুং অকে অমৌবগী পোৎশিং মখোইনা হরাও-নুংঙাইজরম্বা!

كَذَٰلِكَ ۖ وَأَوْرَثْنَاهَا قَوْمًا آخَرِينَ ﴿٢٨﴾

২৯। অসুম্না (ঐখোইনা তাথোকপিখি মখোইবু)। অদুগা ঐখোইনা স্বত্ব ফংহনবিখি পুম্নমকসি অতোপ্পা মীশিংবু।

فَمَا بَكَتْ عَلَيْهِمُ السَّمَاءُ وَالْأَرْضُ وَمَا كَانُوا مُنظَرِينَ ﴿٢٩﴾

৩০। মরমদুনা স্বর্গ অমসুং পৃথিবীনা কপখিদে (অমসুং অরা-মৈখু লাংখিদে) মখোইগীদমক, নত্রগা পীখিদে মখোইবু মতম খরা য়েথোকপসু।

## ২ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ نَجَّيْنَا بَنِي إِسْرَائِيلَ مِنَ الْعَذَابِ الْمُهِينِ ﴿٣٠﴾

৩১। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা কনবিখি ইস্রাঈল মচাশিংবু ঈকাইবা রায়েল-চৈরাক্তগী,

৩২। (মদু ফংহনবিখি মখোইবু) ফিরঔন্না। তশেংবমক মহাক লমকেৎ লমহাইরম্মী কা হেনবশিংগী মরক্তা।

مِن فِرْعَوْنَ ۚ إِنَّهُ كَانَ عَالِيًا مِّنَ الْمُسْرِفِينَ ﴿٣١﴾

৩৩। অদুনা তশেংবমক ঐখোইনা খনবিখি মখোই (ইস্রাঈল মচাশিং)বু খঙনা-খঙনা মী পুম্নমক্কী মকোক থোংনা (মখোইগী মতমগী);

وَلَقَدِ اخْتَرْنَاهُمْ عَلَىٰ عِلْمٍ عَلَى الْعَالَمِينَ ﴿٣٢﴾

৩৪। অমসুং ঐখোইনা পীখি মখোইদা (তোঙান-তোঙানবা) খুদমশিং মদুদা য়াওখি তশেং-তশেংবা চাংয়েং।

وَآتَيْنَاهُم مِّنَ الْآيَاتِ مَا فِيهِ بَلَاءٌ مُّبِينٌ ﴿٣٣﴾

৩৫। (ধর্ম্ম চত্তবা) মীশিংসিনা হায়ঃ

إِنَّ هَٰؤُلَاءِ لَيَقُولُونَ ﴿٣٤﴾

৩৬। ''(ঐখোই অনিরক শিগনি হায়বা) লৈতে ঐখোইগী অহানবা শিবসি নত্তনা অমসুং ঐখোইবু অমুক হিংগৎহনবিররোই।

إِنْ هِيَ إِلَّا مَوْتَتُنَا الْأُولَىٰ وَمَا نَحْنُ بِمُنشَرِينَ ﴿٣٥﴾

৩৭। ''মরমদুনা পুরকও (হিংগৎহন্দুনা) ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংবু, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।

فَأْتُوا بِآبَائِنَا إِن كُنتُمْ صَادِقِينَ ﴿٣٦﴾

৩৮। মখোইনা হেন্না ফত্রা নত্ত্রগা তুববঅগী মীশিং অমসুং মখোইগী মমাংদা লৈরম্বশিংনা (হেন্না ফত্রা)? ঐখোইনা মাঙ তাকহনবিখি মখোইবু, মরমদি মখোই ওইখি পাপীশিং।

أَهُمْ خَيْرٌ أَمْ قَوْمُ تُبَّعٍ وَالَّذِينَ مِن قَبْلِهِمْ ۚ أَهْلَكْنَاهُمْ ۖ إِنَّهُمْ كَانُوا مُجْرِمِينَ ﴿٣٧﴾

৩৯। অদুগা ঐখোইনা শেম-শাখিদে স্বর্গ অমসুং পৃথিবী অমসুং অনিগী মরক্তা লৈবা পুম্নমক শান্নবগীদমক।

وَمَا خَلَقْنَا السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضَ وَمَا بَيْنَهُمَا لَاعِبِينَ ﴿٣٨﴾

৪০। ঐখোইনা শেমখিদে মখোইবু নত্তনা অচুম্বগা লোয়নননা, তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা খঙদে।

مَا خَلَقْنَاهُمَا إِلَّا بِالْحَقِّ وَلَٰكِنَّ أَكْثَرَهُمْ لَا يَعْلَمُونَ ﴿٣٩﴾

৪১। তশেংবমক, অফ-ফত্ত য়েংদুনা রা লেপ্পগী নুমিৎ অদু লেপখিবা মতমনি মখোই পুম্নমক্কী,

إِنَّ يَوْمَ الْفَصْلِ مِيقَاتُهُمْ أَجْمَعِينَ ﴿٤٠﴾

৪২। নুমিৎ অদুদা মরূপ অমনা তেংবাংলোই মরূপ কনামতবু, নত্ত্রগা মখোইবু মতেং করিসু পীবিরোই,

يَوْمَ لَا يُغْنِي مَوْلًى عَن مَّوْلًى شَيْئًا وَلَا هُمْ يُنصَرُونَ ﴿٤١﴾

৪৩। নত্তনা অল্লাহনা ঙাকপিগ্রবা মখোইদু। তশেংবমক, মহাক্তি পাঙ্গলবনি, থ্বাইদগী নুংশিহৈবনি।

إِلَّا مَن رَّحِمَ اللَّهُ إِنَّهُ هُوَ الْعَزِيزُ الرَّحِيمُ ﴿٤٢﴾

৩ শুবা রুকূ

৪৪। তশেংবমক, জক্কুম উপাম্বী,

إِنَّ شَجَرَتَ الزَّقُّومِ ﴿٤٣﴾

৪৫। চিঙ্গাকনি পাপীশিংগী ;

طَعَامُ الْأَثِيمِ ﴿٤٤﴾

৪৬। (মদু চারগা) কোরি শৌবগুম শৌগনি (মখোইগী) চাক-খাওশিংদা,

كَالْمُهْلِ يَغْلِي فِي الْبُطُونِ ﴿٤٥﴾

৪৭। ঈশিং অশাবনা ক্রুং-ক্রুং শৌবগুম।

كَغَلْيِ الْحَمِيمِ ﴿٤٦﴾

৪৮। (যম পান্নবশিংদা হায়বিগনি ঃ) "ফাও মহাকপু অমসুং শোরো-শোরো চিংউ মহাকপু ড্রুং-ড্রুং চাকপা মৈকোম্দা ;

خُذُوهُ فَاعْتِلُوهُ إِلَىٰ سَوَاءِ الْجَحِيمِ ﴿٤٧﴾

৪৯। "অদুগী তুংদা জর-জর হৈথৌ মহাক্কী মকোক মথক্তা অশৌবা ঈশিং—

ثُمَّ صُبُّوا فَوْقَ رَأْسِهِ مِنْ عَذَابِ الْحَمِيمِ ﴿٤٨﴾

৫০। (অসি হায়দুনা ঃ) "তংঙু মহাউ (নরক্কী চৈরাক দণ্ডি)! নং তশেংনা ওইরম্মী (তাইবঙ-পুন্সি খোঙফমদা) পাঙ্গলবা, ইজ্জৎ রালা।

ذُقْ إِنَّكَ أَنتَ الْعَزِيزُ الْكَرِيمُ ﴿٤٩﴾

৫১। "তশেংবমক (নরক্কী চৈরাক) অসিনি নখোইনা চিংনরম্বদু।"

إِنَّ هَٰذَا مَا كُنتُم بِهِ تَمْتَرُونَ ﴿٥٠﴾

৫২। তশেংবমক ধর্ম্ম ফম্বৈনবা মীশিংবু লৈহনবিগনি খুদোংথীবা লৈতবা মফমদা,

إِنَّ الْمُتَّقِينَ فِي مَقَامٍ أَمِينٍ ﴿٥١﴾

৫৩। হৈকোন-লৈকোনশিং অমসুং ঈফুট থোকফমশিংদা ;

فِي جَنَّاتٍ وَعُيُونٍ ﴿٥٢﴾

৫৪। ফিজেৎ লৈতেংদুনা ফজখ্রবা কব্রংগী অমসুং ময়েক থোক্লা লোনবা ফিজোন, (ফমগনি) অমগা অমগা মমায় ওনশন্নদুনা ;

يَلْبَسُونَ مِن سُندُسٍ وَإِسْتَبْرَقٍ مُّتَقَابِلِينَ ﴿٥٣﴾

৫৫। অসুম্না (ওইগনি মখোইগী ফিবম)। অদুগা ঐখোইনা তালোইনহনবিগনি মখোইবু (ধর্ম্ম কায়দবী শামান লেংমান্নবী) মমিৎশিং তরাও-তরাওনা ফজবী (থম্মোই খুদিং হুনঙাই ওইবী) শকহেনবীশিংগা।

كَذَٰلِكَ وَزَوَّجْنَاهُم بِحُورٍ عِينٍ ﴿٥٤﴾

يَدْعُوْنَ فِيْهَا بِكُلِّ فَاكِهَةٍ اٰمِنِيْنَ ۝٥٥

৫৬। মখোইনা কৌগনি উহৈ মখল খুদিং মদুগী মনুংদা, খুদোংথীবা ইলৈ-লৈতনা।

لَا يَذُوْقُوْنَ فِيْهَا الْمَوْتَ اِلَّا الْمَوْتَةَ الْاُوْلٰى ۚ وَوَقٰىهُمْ عَذَابَ الْجَحِيْمِ ۝٥٦

৫৭। মখোই তংলোই মহাউ অশিবগী মদুগী মনুং দা অহানবা (সংসারদা) শিখিবা অদু নত্তনা অমসুং অল্লাহনা ঙাকপিগনি মখোইবু ঙুং-ঙুং চাকপা মৈগী চৈরাক্তগী,

فَضْلًا مِّنْ رَّبِّكَ ۚ ذٰلِكَ هُوَ الْفَوْزُ الْعَظِيْمُ ۝٥٧

৫৮। (মসি) থৌজালনি নংগী মপুগী মায়কৈদগী। মসি খ্বাইদগী হেন্না অচৌবা জয়নি।

فَاِنَّمَا يَسَّرْنٰهُ بِلِسَانِكَ لَعَلَّهُمْ يَتَذَكَّرُوْنَ ۝٥٨

৫৯। অদুগা ঐখোইনা শেম্বিখি (কুরআন) অসি লায়না নংগী নরোলদা, অদুনা মখোইনা (লায়না খঙনবা অমসুং) মপুকনিং চঙজনবা (মদুনা তম্বিবশিংদা)।

فَارْتَقِبْ اِنَّهُمْ مُّرْتَقِبُوْنَ ۝٥٩

৬০। (অদুম ওইনমক মখোইনা য়াখিদে মদুবু) মরমদুনা নং ঙাইখো, মখোই (সু) ঙাইরিএ।



অল-জাসিয়হ সূরহ ৪৫

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৩৮ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝١

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

حٰمٓ ۝٢

২। থাগৎপদা মতিকচাগ্রবা, অচৌবা ইজ্জৎকী মপু (হমীদ মজীদ)।

تَنْزِيْلُ الْكِتٰبِ مِنَ اللّٰهِ الْعَزِيْزِ الْحَكِيْمِ ۝٣

৩। কিতাব অসি ফোংদোকপিখি অল্লাহদগী, (মহাক্তি) পাঙ্গলবনি (অমসুং) খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

اِنَّ فِى السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ لَاٰيٰتٍ لِّلْمُؤْمِنِيْنَ ۝٤

৪। তশেংবমক, স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদা লৈ খুদমশিং অচুম্বা থাজবশিংগীদমক।

وَفِي خَلْقِكُمْ وَمَا يَبُثُّ مِن دَابَّةٍ آيَاتٌ لِّقَوْمٍ يُوقِنُونَ ۝٥

৫। অদুগা খুৎশেমদা নখোই নশামক্কী অমসুং মখোঙ মরি পানবা শাশিংগী মহাকনা চাইথোকলিবদা (পৃথিবী মকোয়দা) লৈ খুদমশিং (অল্লাহবু) চেৎনা থাজবা মীশিংগীদমক।

وَاخْتِلَافِ اللَّيْلِ وَالنَّهَارِ وَمَا أَنزَلَ اللَّهُ مِنَ السَّمَاءِ مِن رِّزْقٍ فَأَحْيَا بِهِ الْأَرْضَ بَعْدَ مَوْتِهَا وَتَصْرِيفِ الرِّيَاحِ آيَاتٌ لِّقَوْمٍ يَعْقِلُونَ ۝٦

৬। অদুগা অহিং অমসুং নুংথিলগী য়াওন্দা, অমসুং অল্লাহনা থারকপা চিঞ্জাকদা কোরো নোংমদোলদগী, মদুগী মতেংনা মহাকনা হিংগৎহল্লি পৃথিবীবু মানা শিরমলবা মতুংদা, অমসুং নুংশিৎশিংগী (মায়কৈ) ওনবদা, লৈ খুদমশিং অখঙবা মীওইশিংগী।

تِلْكَ آيَاتُ اللَّهِ نَتْلُوهَا عَلَيْكَ بِالْحَقِّ ۖ فَبِأَيِّ حَدِيثٍ بَعْدَ اللَّهِ وَآيَاتِهِ يُؤْمِنُونَ ۝٧

৭। পুন্সমকসি পাওজেনশিংনি অল্লাহগী ঐখোইনা থীথদুনা তাহল্লি নংঙোন্দা লোয়নননা অচুম্বগা। করম্বা লাউথোকপা ৱাদা মখোইনা থাজগদৌরিবা, (মখোইনা য়াদ্রবা) মতুংদা অল্লাহ অমসুং মহাক্কী খুদমশিংবু?

وَيْلٌ لِّكُلِّ أَفَّاكٍ أَثِيمٍ ۝٨

৮। অৱাবনিদা (ফত্তবা অমসুং) মীনম্বা পাপী খুদিং,

يَسْمَعُ آيَاتِ اللَّهِ تُتْلَىٰ عَلَيْهِ ثُمَّ يُصِرُّ مُسْتَكْبِرًا كَأَن لَّمْ يَسْمَعْهَا ۖ فَبَشِّرْهُ بِعَذَابٍ أَلِيمٍ ۝٩

৯। মহাকনা তাই অল্লাহগী পাওজেনশিং থীথবদু মঙোন্দা, অদুগী তুংদা মহাকনা অনম কনশল্লি (অচুম্বা থাজদবদা অমসুং) অথোই-নাপলদা, মহাকনা ইতা তাখিদবগুম (পাওজেনশিং) অদু। মরমদুনা থুংঙু পাওজেন মঙোন্দা অৱাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক্কী।

وَإِذَا عَلِمَ مِنْ آيَاتِنَا شَيْئًا اتَّخَذَهَا هُزُوًا ۚ أُولَٰئِكَ لَهُمْ عَذَابٌ مُّهِينٌ ۝١٠

১০। তৌইগুম্বসুং মহাকনা খঙলগা ঐখোইগী পাওজেন খরা, মহাকনা ফাগি তৌনৈ মখোইদুনা। অসিগুম্বা মীওই শোয়দনমক ফংগনি চোপহনবগী অৱাফম।

مِّن وَرَائِهِمْ جَهَنَّمُ ۖ وَلَا يُغْنِي عَنْهُم مَّا كَسَبُوا شَيْئًا وَلَا مَا اتَّخَذُوا مِن دُونِ اللَّهِ أَوْلِيَاءَ ۖ وَلَهُمْ

১১। মখোইগী মমাংদা লৈরে যম লৈবাক; অমসুং মখোইনা তৌরম্বা কমায়না পীরোই কান্নবা করিমতা মখোইদা, নত্তগা মখোইনা লৌজরম্বা (খোয়ম লাই)শিং (মখোইগী) য়োকখৎ-শৌগৎ-পিবা ওইনা, অল্লাহ নত্তবদু (কান্নবা করিসু

عَذَابٌ عَظِيمٌ ⑪

ওইররোই)। মখোই ফংগনি অচৌবা রায়েল-চৈরাক।

هٰذَا هُدًى ۚ وَالَّذِينَ كَفَرُوا بِآيَاتِ رَبِّهِمْ لَهُمْ عَذَابٌ مِّن رِّجْزٍ أَلِيمٌ ⑫

১২। মসি (অচুম্বা) লমজিংনি। অদুগা অদুগুম্বা মীওশিং মখোইনা থাজদবদু মখোইগী মপুগী পাওজেনশিংদা মখোই ফংগনি ওৎ-নৈবগী অৱাবা রায়েল-চৈরাক।

২ শুবা রুকূ

اللَّهُ الَّذِي سَخَّرَ لَكُمُ الْبَحْرَ لِتَجْرِيَ الْفُلْكُ فِيهِ بِأَمْرِهِ وَلِتَبْتَغُوا مِن فَضْلِهِ وَلَعَلَّكُمْ تَشْكُرُونَ ⑫

১৩। অল্লাহ মহাকননি থম্বিরিবা সমুদ্রবু নখোইগী দখলদা অদুনা জহাজ হোনবা য়ানবা মদুগী মথক্তা মহাক্কী হুকুমনা, অমসুং নখোইনা থিজনবা মহাক্কী থৌজাল (লপ্লোন ইতিক তৌদুনা), অমসুং নখোইনা তৌবিমল খঙবা উৎচনবা।

وَسَخَّرَ لَكُم مَّا فِي السَّمَاوَاتِ وَمَا فِي الْأَرْضِ جَمِيعًا مِّنْهُ ۚ إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَاتٍ لِّقَوْمٍ يَتَفَكَّرُونَ ⑬

১৪। অদুগা মহাকনা থম্বি নখোইগী মখা পোনবা ফিবমদা স্বর্গদা লৈবাপুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈবাপুম্বা; পুম্নমকসি মঙোন্দগীনি। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদমশিং ধ্যান তৌবা মীশিংগীদমক।

قُل لِّلَّذِينَ آمَنُوا يَغْفِرُوا لِلَّذِينَ لَا يَرْجُونَ أَيَّامَ اللَّهِ لِيَجْزِيَ قَوْمًا بِمَا كَانُوا يَكْسِبُونَ ⑭

১৫। হায়য়ু ঃ অচুম্বা থাজবশিংদা কোকপিয়ু অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা (থীনা ওৎ-নৈবিবা মখোইবু অমসুং) কিদবা অল্লাহগী নুমিৎশিংবু, অদুনা মহাকনা পীবিনবা মহৈ মখোইনা কমায়বগী।

مَنْ عَمِلَ صَالِحًا فَلِنَفْسِهِ ۖ وَمَنْ أَسَاءَ فَعَلَيْهَا ۖ ثُمَّ إِلَىٰ رَبِّكُمْ تُرْجَعُونَ ⑮

১৬। কনাগুম্বনা তৌরবদি অফবা, তৌই মদু মহাক মশামক্কী (কান্নবগী); অমসুং কনাগুম্বনা তৌরবদি ফত্তবা, মদু মশামক্কী-অমাঙবনি। অদুগী তুংদা নখোই পুম্নমক হনজনগনি নখোইগী মপুদা।

وَلَقَدْ آتَيْنَا بَنِي إِسْرَائِيلَ الْكِتَابَ وَالْحُكْمَ وَالنُّبُوَّةَ وَرَزَقْنَاهُم مِّنَ الطَّيِّبَاتِ وَفَضَّلْنَاهُمْ عَلَى الْعَالَمِينَ ⑯

১৭। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা পীখি ইস্রাঈল মচাশিংদা কিতাব অমসুং অৱাংবা শক্তি অমসুং 'নুবুৱত' (প্রোফেটহুদ); অমসুং পীখি মখোইদা অশেংবা চিঞ্জাকশিং, অমসুং ঐখোইনা চাওহনবিখি মখোইবু মথক থোংনা জাতি পুম্নমক্কী।

وَآتَيْنَاهُم بَيِّنَاتٍ مِّنَ الْأَمْرِ ۖ فَمَا اخْتَلَفُوا إِلَّا مِن بَعْدِ مَا جَاءَهُمُ الْعِلْمُ بَغْيًا بَيْنَهُمْ ۚ إِنَّ رَبَّكَ يَقْضِي بَيْنَهُمْ يَوْمَ الْقِيَامَةِ فِيمَا كَانُوا فِيهِ يَخْتَلِفُونَ (١٨)

১৮। অদুগা ঐখোইনা পীখি মখোইবু তশেং-তশেংবা দলিলশিং থবক্কী মতাংদা, তৌইগুম্বসুং মখোই মত-তিন্নদবা তৌখিদে মখোইদা জ্ঞান লাকখ্রবা মতুংদা নত্তনা, মখোই মশেল কন্নক-মিহীনবদগী। তশেংবমক, নংগী মপুনা বিচার রাথিবিগনি মখোইগী মরক্তা শিবদগী অমুক হিংগংহনগদবা নুমিত্তা মখোইনা য়ানরমদবা অদুগী মরমদা।

ثُمَّ جَعَلْنَاكَ عَلَىٰ شَرِيعَةٍ مِّنَ الْأَمْرِ فَاتَّبِعْهَا وَلَا تَتَّبِعْ أَهْوَاءَ الَّذِينَ لَا يَعْلَمُونَ (١٩)

১৯। অদুগী তুংদা ঐখোইনা হাপখ্রবনি (লাউথোকহন্নবগী) নংবু তশেংবা লম্বী অমদা ধর্ম্মগী রাফমদা ; মরমদুনা নং চপচানা ইল্লু মদু, অমসুং ইল্লুগনু অতোনবা অপাম্বশিংগী খঙদবা মখোইদুগী।

إِنَّهُمْ لَن يُغْنُوا عَنكَ مِنَ اللَّهِ شَيْئًا ۚ وَإِنَّ الظَّالِمِينَ بَعْضُهُمْ أَوْلِيَاءُ بَعْضٍ ۖ وَاللَّهُ وَلِيُّ الْمُتَّقِينَ (٢٠)

২০। তশেংবমক মখোই কান্নবা করিসু ওইরোই নংঙোন্দা অল্লাহগী মায়োক্তা। অদুগা অরানবা লম্বীনবশিং, মখোই খরদি মরূপশিংনি অতৈ অতোপ্পগী ; তৌইগুম্বসুং অল্লাহদি মরূপনি ধর্ম্ম ফম্বৈনবশিংগী।

هَٰذَا بَصَائِرُ لِلنَّاسِ وَهُدًى وَرَحْمَةٌ لِّقَوْمٍ يُوقِنُونَ (٢١)

২১। (কিতাব) অসিদা য়াওরি তশেংনবা পাওতাকশিং- মীওইব শিংগীদমক, অমসুং লমজিংনি অমসুং থৌজালনি (অল্লাহবু) থাজবা মীশিংদা।

أَمْ حَسِبَ الَّذِينَ اجْتَرَحُوا السَّيِّئَاتِ أَن نَّجْعَلَهُمْ كَالَّذِينَ آمَنُوا وَعَمِلُوا الصَّالِحَاتِ سَوَاءً مَّحْيَاهُمْ وَمَمَاتُهُمْ ۚ سَاءَ مَا يَحْكُمُونَ (٢٢) ع

২২। ফত্তরম লম্বীনবশিংনা খনব্রা মদুদি ঐখোইনা তৌবিগনি মখোইবু মান্নবা অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা থবকশিং খোঙফম্নবশিংদুগা, অদুনা মখোইগী হিংবা অমসুং শিবা ইমান-মান্নবা? (তশেংবমক) ফত্তবনি মখোইনা রা লেপলিবদু।

৩ শুবা রুকূ

وَخَلَقَ اللَّهُ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضَ بِالْحَقِّ وَلِتُجْزَىٰ كُلُّ نَفْسٍ بِمَا كَسَبَتْ وَهُمْ لَا يُظْلَمُونَ (٢٣)

২৩। অদুগা অল্লাহনা লৈশেম-নুংশেমখি স্বর্গ অমসুং পৃথিবী অচুম্বগা লোয়ননা, অদুনা থরাই খুদিংমক মহৈ পীবিনবা মানা মানা কমায়খিবগী ; অমসুং মখোইবু (কদৌঙৈদসু) লান্না তৌবিরোই।

২৪। নং উরব্রা মহাকদু — মহাকনা লৌই মহাক মশাগী অপাম্ববু মহাক্কী চীঙু লাই ওইনা, অমসুং মহাকপু অল্লাহনা লম্মুক্কহনবিখ্রে মুন্না খঙবিদুনা (মহাক্কী পুকনিংগী ফিরেপ) অমসুং চুম নম্বিখ্রে মহাক্কী মনাকোংশিংদা অমসুং মহাক্কী মথম্মোইদা, অমসুং মহাকনা খনজনবিখ্রে পর্দা অমা মহাক্কী মমিৎশিংদা? হৌজিক কনানা লমজিংবিগনি মহাকপু অল্লাহনা (থাদোকপিখ্রবদা মহাকপু)? নখোই মুন্না রাখল তৌরোইদ্রা?

اَفَرَءَيْتَ مَنِ اتَّخَذَ اِلٰهَهٗ هَوٰىهُ وَاَضَلَّهُ اللّٰهُ عَلٰى عِلْمٍ وَّخَتَمَ عَلٰى سَمْعِهٖ وَقَلْبِهٖ وَجَعَلَ عَلٰى بَصَرِهٖ غِشٰوَةً ۗ فَمَنْ يَّهْدِيْهِ مِنْۢ بَعْدِ اللّٰهِ ۗ اَفَلَا تَذَكَّرُوْنَ ﴿٢٣﴾

২৫। অদুগা মখোইনা হায়: "অতোপ্পা পুন্সি অমা লৈতে তাইবঙ পুন্সি অসি নত্তনা; ঐখোই শি অমসুং ঐখোই হিংই (পৃথিবী অসিদা), অমসুং করি অমতনা মাঙহন্দে ঐখোইবু মতমনা (মাঙহনবা) নওনা।" তৌইগুম্বসুং মখোই জ্ঞান করিসু লৈতে (শিরবা মতুংগী পুন্সিগী): মখোই অসুম ভাবনা শাবনি।

وَقَالُوْا مَا هِيَ اِلَّا حَيَاتُنَا الدُّنْيَا نَمُوْتُ وَنَحْيَا وَمَا يُهْلِكُنَآ اِلَّا الدَّهْرُ ۚ وَمَا لَهُمْ بِذٰلِكَ مِنْ عِلْمٍ ۚ اِنْ هُمْ اِلَّا يَظُنُّوْنَ ﴿٢٤﴾

২৬। অদুগা ঐখোইগী তশেংবা পাওজেনশিং থীথদুনা তাহনবদা মখোইবু, মখোইগী রায়েৎ হায়বমক্তবু মখোইনা অসিতা হায়: "পুরকও (হিংগৎহন্দুনা) ঐখোইগী ইপা-ইপুশিং, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।

وَاِذَا تُتْلٰى عَلَيْهِمْ اٰيٰتُنَا بَيِّنٰتٍ مَّا كَانَ حُجَّتَهُمْ اِلَّآ اَنْ قَالُوا ائْتُوْا بِاٰبَآئِنَآ اِنْ كُنْتُمْ صٰدِقِيْنَ ﴿٢٥﴾

২৭। হায়য়ু (মখোইদা): "অল্লাহনা হিংহল্লি নখোইবু, অদুগী তুংদা শিহল্লি নখোইবু: অদুগী তুংদা মহাকনা খোমজনবিগনি নখোইবু পুল্লপ্পা শিবদগী অমুক হিংগৎহনবিগদবা নুমিত্তা মদুগী মরমদা চিংননিঙঙাই করিসু লৈতে। তৌইগুম্বসুং মী অয়াম্বনা খঙদে।

قُلِ اللّٰهُ يُحْيِيْكُمْ ثُمَّ يُمِيْتُكُمْ ثُمَّ يَجْمَعُكُمْ اِلٰى يَوْمِ الْقِيٰمَةِ لَا رَيْبَ فِيْهِ وَلٰكِنَّ اَكْثَرَ النَّاسِ لَا يَعْلَمُوْنَ ﴿٢٦﴾

৪ শুবা রুকূ

২৮। অল্লাহনা পায়রি লৈঙাক খুর্জি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী। মরমদুনা নুমিৎ অদুদা পুংফমদু লাকলবা মতমদা, নুমিৎ অদুমক্তা অরানবগী তুং ইনবশিংদু মাঙ-তাক্কনি।

وَلِلّٰهِ مُلْكُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۗ وَيَوْمَ تَقُوْمُ السَّاعَةُ يَوْمَئِذٍ يَّخْسَرُ الْمُبْطِلُوْنَ ﴿٢٧﴾

২৯। অদুগা নংনা উগনি জাতি খুদিং খুরু খুদক কুনবা। জাতি খুদিং সমন তৌবিগনি (য়েংনবগী) মাগী-মাগী (থবকশিং ইশনবা) রিকোর্ডদা। (মখোইদা অসুম্না হায়বিগনি:) "ঙসি নুমিত্তা নখোইবু পীবিগনি মনা-মথিন নখোইনা তৌরম্লিবগী মতুংইন্না।

وَتَرٰى كُلَّ اُمَّةٍ جَاثِيَةً كُلُّ اُمَّةٍ تُدْعٰۤى اِلٰى كِتٰبِهَا ؕ اَلْيَوْمَ تُجْزَوْنَ مَا كُنْتُمْ تَعْمَلُوْنَ ۝٢٨

৩০। "ঐখোইগী রিকোর্ড অসিনা ঙাঙগনি নখোইগী মরমদা অচুম্বতা। ঐখোইনা তশেংনা ইশনহনবিখ্রে (মদুগী মনুংদা) নখোইনা তৌখিবা পুম্নমক।"

هٰذَا كِتٰبُنَا يَنْطِقُ عَلَيْكُمْ بِالْحَقِّ ؕ اِنَّا كُنَّا نَسْتَنْسِخُ مَا كُنْتُمْ تَعْمَلُوْنَ ۝٢٩

৩১। মরমদুনা অচুম্বা থাজখ্রবা অমসুং অফবা থবকশিং খোঙফম্নখ্রবা মখোইদু, মখোইগী মপুনা চঙহনবিগনি মখোইবু মহাক্কী থৌজালদা। মসি তশেং-তশেংবা জয়নি।

فَاَمَّا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ فَيُدْخِلُهُمْ رَبُّهُمْ فِيْ رَحْمَتِهٖ ؕ ذٰلِكَ هُوَ الْفَوْزُ الْمُبِيْنُ ۝٣٠

৩২। তৌইগুম্বসুং অচুম্বা থাজদবশিংদু (ঐখোইনা হায়বিগনি ঃ) "ঐগী খুদমশিং থীথদুনা তাহনখিদব্রা নখোইদা? তৌইগুম্বসুং নখোই মচোংপাক নাইখিদে অমসুং ওইখি মরাল লৈরবা মীশিং।

وَاَمَّا الَّذِيْنَ كَفَرُوْا ۟ اَفَلَمْ تَكُنْ اٰيٰتِيْ تُتْلٰى عَلَيْكُمْ فَاسْتَكْبَرْتُمْ وَكُنْتُمْ قَوْمًا مُّجْرِمِيْنَ ۝٣١

৩৩। "অদুগা (নখোইদা) অসি হায়খিবদাঃ অল্লাহগী রাশক্তি তশেংনা অচুম্বনি, অমসুং পুংফমদু লাক্কনি হায়বদা চিংনননিঙঙাই করিসু লৈতে;" নখোইনা পাওখুমখিঃ "ঐখোই করিসু খঙদে পুংফমদু করিনো হায়বা; ঐখোইনা খল্লি মদু ভাবনা শাবনি অমসুং ঐখোই করিসু থাজদে (মদু)।"

وَاِذَا قِيْلَ اِنَّ وَعْدَ اللّٰهِ حَقٌّ وَّالسَّاعَةُ لَا رَيْبَ فِيْهَا قُلْتُمْ مَّا نَدْرِيْ مَا السَّاعَةُ ۙ اِنْ نَّظُنُّ اِلَّا ظَنًّا وَّمَا نَحْنُ بِمُسْتَيْقِنِيْنَ ۝٣٢

৩৪। অদুগা (পুংফম অদুদা) ফত্তবা (ফলশিং) মখোইগী থবকশিংগী তরং-তরং উরগনি মখোইদা, অমসুং মখোইনা নোক্নরম্বা অদুনা পুমকোয়-কোয়শনগনি মখোইবু।

وَبَدَا لَهُمْ سَيِّاٰتُ مَا عَمِلُوْا وَحَاقَ بِهِمْ مَّا كَانُوْا بِهٖ يَسْتَهْزِءُوْنَ ۝٣٣

৩৫। অদুগা মখোইদা অসি হায়বিগনিঃ "ঙসি নুমিত্তা ঐখোইনা কাওথোকপিগনি নখোইবু, নখোইনা কাওথোকলম্বগুম উনগনি হায়বা নখোইগী নুমিৎসি।

وَقِيْلَ الْيَوْمَ نَنْسٰىكُمْ كَمَا نَسِيْتُمْ لِقَآءَ يَوْمِكُمْ هٰذَا

وَمَأْوٰىكُمُ النَّارُ وَمَا لَكُمْ مِّنْ نّٰصِرِيْنَ ﴿٣٤﴾

নখোইগী লৈফমদি খাম্বি মৈকোন্দনি অমসুং নখোইগী তেংবাংবিনঙাই কনাসু লৈরোই।

ذٰلِكُمْ بِاَنَّكُمُ اتَّخَذْتُمْ اٰيٰتِ اللّٰهِ هُزُوًا وَّغَرَّتْكُمُ الْحَيٰوةُ الدُّنْيَا ۚ فَالْيَوْمَ لَا يُخْرَجُوْنَ مِنْهَا وَلَا هُمْ يُسْتَعْتَبُوْنَ ﴿٣٥﴾

৩৬। "অসুম্না (রাবা তাই নখোই), মরমদি নখোইনা ফাগি তৌনরম্মী অল্লাহগী পাওজেন-শিংবু, অমসুং (মংলানগুম্বা) তাইবঙ-পুন্সিনা নমথাক তৌবিখি নখোইবু।" মরমদুনা "নুমিৎ অদুদা মখোইবু লৌথোকপিরোই মফম অদুদগী নত্রগা মখোইবু চানবিবসু তৌররোই (অল্লাহনা)।

فَلِلّٰهِ الْحَمْدُ رَبِّ السَّمٰوٰتِ وَرَبِّ الْاَرْضِ رَبِّ الْعٰلَمِيْنَ ﴿٣٦﴾

৩৭। মরমদুনা থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহবুনি, মপুনি স্বর্গগী অমসুং মপুনি পৃথিবীগী, মপুনি সংসার পুম্নমক্কী।

وَلَهُ الْكِبْرِيَآءُ فِي السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۪ وَهُوَ الْعَزِيْزُ الْحَكِيْمُ ﴿٣٧﴾

৩৮। অদুগা মহাক্কী মতিক মঙাল চাওবনি স্বর্গদা অমসুং পৃথিবীদা, অমসুং মহাক্তি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

سُورَةُ الأَحْقَافِ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ৪৬ অল-অহকাফ

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৩৬ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

حٰمٓ ②

২। থাগৎপদা মতিক চাথ্রবা, অচৌবা ইজ্জৎকী মপু (হমীদ মজীদ)।

تَنْزِيْلُ الْكِتٰبِ مِنَ اللّٰهِ الْعَزِيْزِ الْحَكِيْمِ ③

৩। কিতাব অসি ফোংদোকপিখি অল্লাহদগী, (মহাশক্তি) পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

مَا خَلَقْنَا السَّمٰوٰتِ وَالْأَرْضَ وَمَا بَيْنَهُمَآ إِلَّا بِالْحَقِّ وَأَجَلٍ مُّسَمًّى ۚ وَالَّذِيْنَ كَفَرُوْا عَمَّآ أُنْذِرُوْا مُعْرِضُوْنَ ④

৪। ঐখোইনা শেমখিদে স্বর্গ অমসুং পৃথিবী অমসুং অনিগী মরক্তা লৈবা পুম্নমকবু নত্তনা অচুম্বা মরমগী অমসুং অরেপ্পা মতম অমগীদমক। তৌইগুম্বসুং লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা মমায় ওন্থোকই মখোইবু চেকশন্নবা হায়বিখিবা অদুদগী।

قُلْ أَرَءَيْتُمْ مَّا تَدْعُوْنَ مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ أَرُوْنِيْ مَاذَا خَلَقُوْا مِنَ الْأَرْضِ أَمْ لَهُمْ شِرْكٌ فِي السَّمٰوٰتِ ۖ إِيْتُوْنِيْ بِكِتٰبٍ مِّنْ قَبْلِ هٰذَآ أَوْ أَثٰرَةٍ مِّنْ عِلْمٍ إِنْ كُنْتُمْ صٰدِقِيْنَ ⑤

৫। হায়য়ু (মখোইদা,)ঃ "নখোই খঙব্রা করি ওইরিবা নখোইনা (খাজং থৌনি তৌদুনা) কৌজরিবা অল্লাহ নত্তবদু? উহল্লু ঐঙোন্দা মখোইনা শেম-শাখিবা (করিগুম্বা অমদং) লৈরবদি পৃথিবীদা। নত্রগা মখোইগী (করিগুম্বা) শরুক য়াওরিব্রা (খুৎশেমদা) স্বর্গগী? পুরকও ঐঙোন্দা করিগুম্বা কিতাব (ফোংদোকখিবা) লৈরবদি মসিগী মমাংদা নত্রগা মরী-মখোঙ (থাইনগী) জ্ঞানগী (নখোইগী য়োকখৎ-শৌথাৎপগী), নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।

وَمَنْ أَضَلُّ مِمَّنْ يَّدْعُوْا مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ مَنْ لَّا يَسْتَجِيْبُ لَهٗٓ إِلٰى يَوْمِ الْقِيٰمَةِ وَهُمْ عَنْ دُعَآئِهِمْ غٰفِلُوْنَ ⑥

৬। অদুগা কনানো মঙোন্দগী হেন্না লম্মুক্কবা মহাকনা কৌজে অল্লাহ নত্তববু—মখোইনা পাওখুম্বিদে মঙোন্দা শিবদগী অমুক হিংগৎহনবা নুমিৎ ফাওবা, অমসুং মখোইনা খঙদে (ভক্ত) মখোইদা নীজ-হায়জবদু?

وَإِذَا حُشِرَ النَّاسُ كَانُوْا لَهُمْ أَعْدَآءً وَّكَانُوْا

৭। অদুগা মীওইবা জাতিবু পুল্লপ্পা খোমজল্লবদা

بِعِبَادَتِهِمْ كٰفِرِيْنَ ۝٦

(রায়েল বিচারগী), (খোয়ম লাইশিং) মখোই ওইগনি য়েক্নবশিং মখোই (ভক্তশিং)দা, অমসুং য়ারোই মখোইনা ঈরাৎ পূজা তৌখি হায়বা (মখোইবু)।

وَإِذَا تُتْلٰى عَلَيْهِمْ اٰيٰتُنَا بَيِّنٰتٍ قَالَ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا لِلْحَقِّ لَمَّا جَآءَهُمْ هٰذَا سِحْرٌ مُّبِيْنٌ ۝٧

৮। অদুগা ঐখোইগী তশেংবা পাওজেনশিং থীথদুনা তাহলবদা মখোইবু, লমফে-খোঙফম্নবা মখোইদুনা হায় অচুম্বগী মরমদা মদুনা চঙশল্লকপদা মখোইদাঃ "মসি তশেং-তশেংবা জাদু মন্ত্রনি।"

أَمْ يَقُوْلُوْنَ افْتَرٰىهُ ۚ قُلْ إِنِ افْتَرَيْتُهٗ فَلَا تَمْلِكُوْنَ لِيْ مِنَ اللّٰهِ شَيْـًٔا ۚ هُوَ أَعْلَمُ بِمَا تُفِيْضُوْنَ فِيْهِ ۚ كَفٰى بِهٖ شَهِيْدًا بَيْنِيْ وَبَيْنَكُمْ ۚ وَهُوَ الْغَفُوْرُ الرَّحِيْمُ ۝٨

৯। নত্ত্রগা মখোইনা হায়ব্রাঃ "মহাকনা জাল তৌখিবনি মদু?" (নং) হায়য়ুঃ "ঐনা জাল তৌখ্রবদি মদু, নখোইনা ঙমলোই করিমতা তেংবাংবা ঐবু অল্লাহগী মায়োক্তা। মহাকনা মুন্না খঙই নখোইনা (মাঙহন-তাহন্নবগী) ঙাঙ্ন-শানবদু মদুগী মরমদা। মহাকনা ওকলে সাক্ষী ওইবিবদা ঐ অমসুং নখোইগী মরক্তা। অদুগা মহাক্তি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, খুবাইদগী হেন্না নুংশিহৈবনি।

قُلْ مَا كُنْتُ بِدْعًا مِّنَ الرُّسُلِ وَمَآ أَدْرِيْ مَا يُفْعَلُ بِيْ وَلَا بِكُمْ ۚ إِنْ أَتَّبِعُ إِلَّا مَا يُوْحٰٓى إِلَيَّ وَمَآ أَنَا إِلَّا نَذِيْرٌ مُّبِيْنٌ ۝٩

১০। (নং অমুকসু) হায়য়ুঃ "ঐনা ইনৌ-নৌবা নত্তে রসুলশিংগী মরক্তা, নত্ত্রগা ঐনা খঙদে করি থোক্কদৌরিবা ঐঙোন্দা নত্ত্রগা নখোইদা (পুন্সি অসিদা)। ঐনা তুং ইনজৈ ঐঙোন্দা ফোংদোক-পিরকখিবা অদুতাঃ অমসুং ঐদি ইচম-চম্বা চেকশন্নবা হায়বিবা মী নত্তনা করিসু ওইদে।"

قُلْ أَرَءَيْتُمْ إِنْ كَانَ مِنْ عِنْدِ اللّٰهِ وَكَفَرْتُمْ بِهٖ وَشَهِدَ شَاهِدٌ مِّنْ بَنِيْٓ إِسْرَآءِيْلَ عَلٰى مِثْلِهٖ فَاٰمَنَ وَاسْتَكْبَرْتُمْ ۚ إِنَّ اللّٰهَ لَا يَهْدِي الْقَوْمَ الظّٰلِمِيْنَ ۝١٠

১১। (নং অসিদগীসু হেন্না) হায়য়ুঃ "নখোই উব্রা—মসি অল্লাহদগী ওইরবা অমসুং নখোইনা থাজদ্রবা মসিবু, অমসুং সাক্ষী অমনা ইস্রাঈল মচাশিংগী মরক্তগী সাক্ষী পীরমখ্রবা মহাক্না মান্নবা অমা (লেঙলক্কদৌরি হায়ব)গী, মরমদুনা মহাকনা থাজখ্রে, তৌইগুম্বসুং নখোইনা নাপল লুথোংনরি (নখোই করম্বা ফিবমদা লৈগনি?)" তশেংবমক অল্লাহনা লমজিংবিদে অরানবা লম্বীনবা মীশিংবু।

২ শুবা রুকূ

১২। অদুগা লমথৈ-খোঙফম্নবশিংনা হায় অচুম্বা থাজবশিংগী মরমদা ঃ "(কুরআন্না) করিগুম্বা অফবা ওইরমলবদি, মখোইনা ফংবা য়ারম্লোই মদু ঐখোইগী মাং থাদুনা।" অদুগা মখোইবু লমজিংবিদবনা মদুনা, মখোইনা হায় ঃ "মসি থাইনগী মীনম্বা রানি।"

وَقَالَ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا لِلَّذِيْنَ اٰمَنُوْا لَوْ كَانَ خَيْرًا مَّا سَبَقُوْنَآ اِلَيْهِ ۗ وَاِذْ لَمْ يَهْتَدُوْا بِهٖ فَسَيَقُوْلُوْنَ هٰذَآ اِفْكٌ قَدِيْمٌ ⑪

১৩। অদুগা মসিগী মমাংদা লৈরম্মী মুসাগী কিতাব, (মদু) লমজিংনি অমসুং থৌজালনি (মীওইবশিংদা)। অদুগা মসি কিতাব অমনি অরবী লোলদা চুম্মি হায়না প্রমাণ পী (মুসাগী তুংদা থোরক্কনি হায়বা রা অদু), অদুনা মসিনা চেকশনহন্নবগী পাওমেন্নবা অরানবা লম্বীনবশিংবু অমসুং হরাওবা পাও থুংনবা অফবা খানবশিংদা।

وَمِنْ قَبْلِهٖ كِتٰبُ مُوْسٰٓى اِمَامًا وَّرَحْمَةً ۗ وَهٰذَا كِتٰبٌ مُّصَدِّقٌ لِّسَانًا عَرَبِيًّا لِّيُنْذِرَ الَّذِيْنَ ظَلَمُوْا ۖ وَبُشْرٰى لِلْمُحْسِنِيْنَ ⑫

১৪। তশেংবমক, অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা হায় ঃ "ঐখোইগী মপুদি অল্লাহনি," অদুগী তুংদা খোঙফম চেৎনা লৈ (অল্লাহবু থাজবদা)—অদু ওইরবদি মখোই কিনঙাই করিসু লৈতে, নত্তগা মখোই রানঙাইসু থোক্তে ।

اِنَّ الَّذِيْنَ قَالُوْا رَبُّنَا اللّٰهُ ثُمَّ اسْتَقَامُوْا فَلَا خَوْفٌ عَلَيْهِمْ وَلَا هُمْ يَحْزَنُوْنَ ⑬

১৫। মখোইসি মেম্বরশিংনি স্বর্গ লৈকোনগী, মখোই লৈরগনি মদুগী মনুংদা— মনা-মথিন্নি মখোইনা তৌজরকখিবগী।

اُولٰٓئِكَ اَصْحٰبُ الْجَنَّةِ خٰلِدِيْنَ فِيْهَا ۚ جَزَآءًۢ بِمَا كَانُوْا يَعْمَلُوْنَ ⑭

১৬। অদুগা ঐখোইনা হুকুম তৌবিখ্রে মীনা লূনা চান্না তৌনবগী মহাক্কী মপা মমাবু। মহাক্কী মমানা নাও পুখি মহাকপু রানা অমসুং পোকখি মহাকপু রানা। মহাক্কী নাও পুবা অমসুং মহাকপু খোম খায়বা (ফাওব)দা থাবুম কুথ্রা চঙই। মহাকনা মপুং-মরৈ ফারবদা অমসুং (মপুন্সি) চহি নিফু শুরবদা, মহাকনা হায় ঃ "ঐগী মপুও! পীনবিয়ু ঐঙোন্দা (পাঙ্গল) তৌবিমল খঙবা উৎপগী নহাক্কী থৌজালগী মদু নহাকনা পীবিখি ঐঙোন্দা অমসুং ঐগী অপোকপা অপোকপীদা, অদুনা ঐনা তৌনবা অফবা থবকশিং মদুনা পেলহন্নবা নহাকপু। অদুগা ফনা তৌবিয়ু ঐঙোন্দা ঐগী

وَوَصَّيْنَا الْاِنْسَانَ بِوَالِدَيْهِ اِحْسٰنًا ۗ حَمَلَتْهُ اُمُّهٗ كُرْهًا وَّوَضَعَتْهُ كُرْهًا ۗ وَحَمْلُهٗ وَفِصٰلُهٗ ثَلٰثُوْنَ شَهْرًا ۗ حَتّٰىٓ اِذَا بَلَغَ اَشُدَّهٗ وَبَلَغَ اَرْبَعِيْنَ سَنَةً ۙ قَالَ رَبِّ اَوْزِعْنِيْٓ اَنْ اَشْكُرَ نِعْمَتَكَ الَّتِيْٓ اَنْعَمْتَ عَلَيَّ وَعَلٰى وَالِدَيَّ وَاَنْ اَعْمَلَ صَالِحًا تَرْضٰىهُ وَاَصْلِحْ لِيْ فِيْ ذُرِّيَّتِيْ ۚ اِنِّيْ تُبْتُ اِلَيْكَ

وَاِنِّيْ مِنَ الْمُسْلِمِيْنَ ⑮

ইচাশিংগী মরমদা। ঐ ওনশিনজরি নংঙোন্দা অমসুং ঐ ওইজে (আমা) নংঙোন্দা চঙজবশিংগী।

اُولٰٓئِكَ الَّذِيْنَ نَتَقَبَّلُ عَنْهُمْ اَحْسَنَ مَا عَمِلُوْا وَنَتَجَاوَزُ عَنْ سَيِّاٰتِهِمْ فِيْٓ اَصْحٰبِ الْجَنَّةِ ۭ وَعْدَ الصِّدْقِ الَّذِيْ كَانُوْا يُوْعَدُوْنَ ⑯

১৭। মখোইসিনি—মখোইদগী ঐখোইনা য়াবি মখোইগী অফবা (থবক)শিং অমসুং থওইবিদে মখোইগী ফত্তবা থবকশিং। মখোই তিনগনি মরক্তা স্বর্গ লৈকোনগী মেম্বরশিংগী। (মসি পুরা তৌবনি) অচুম্বা রাশক অমা মখোইদা তৌবিখিবা (তাইবঙ পুন্সি খোঙফমদা)।

وَالَّذِيْ قَالَ لِوَالِدَيْهِ اُفٍّ لَّكُمَآ اَتَعِدٰنِنِيْٓ اَنْ اُخْرَجَ وَقَدْ خَلَتِ الْقُرُوْنُ مِنْ قَبْلِيْ ۚ وَهُمَا يَسْتَغِيْثٰنِ اللّٰهَ وَيْلَكَ اٰمِنْ ڰ اِنَّ وَعْدَ اللّٰهِ حَقٌّ ښ فَيَقُوْلُ مَا هٰذَآ اِلَّآ اَسَاطِيْرُ الْاَوَّلِيْنَ ⑰

১৮। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা হায় মহাক্কী মপা মমাদাঃ "তুক্কচৈদা নখোই অনিমক! নখোইনা রাশকলিব্রা ঐঙোন্দা মদুদি ঐবু পুথোরকখিগনি অমুকহন্না (লৈনুং গর্ভদগী অমসুং হিংগৎ-হনবিগনি) মীরোন কয়া শিখ্রবগা ঐগী মাংদা (অমসুং মখোই কনামতা হল্লকখিদ্রবদা সংসার অসিদা)?" অদুদা (মপা মমা) মখোই অনিনা নীজে অল্লাহগী মতেং (অমসুং অসি হায় মচা নিপাদা)ঃ "আঃ নংদি মাঙলেদনা! (নং) থাজৌঃ অল্লাহগী রাশক্তি অচুম্বনি।" তৌইগুম্বসুং মহাকনা হায়ঃ "মসি করিসু নত্তে ওইদবা ৱারীশিংনি থাইনগী।"

اُولٰٓئِكَ الَّذِيْنَ حَقَّ عَلَيْهِمُ الْقَوْلُ فِيْٓ اُمَمٍ قَدْ خَلَتْ مِنْ قَبْلِهِمْ مِّنَ الْجِنِّ وَالْاِنْسِ ۭ اِنَّهُمْ كَانُوْا خٰسِرِيْنَ ⑱

১৯। মখোইসি ৱায়েল-চৈরাক্কী হুকুম পীফম থোকলবনি, লোয়ননা (হায়বা ইনখিদবা) জিনশিং অমসুং মীশিং শিখ্রবগা মখোইগী মমাংদা। তশেংবমক, মখোই অমাঙবা শরুক্লখ্রবশিংনি।

وَلِكُلٍّ دَرَجٰتٌ مِّمَّا عَمِلُوْا ۚ وَلِيُوَفِّيَهُمْ اَعْمَالَهُمْ وَهُمْ لَا يُظْلَمُوْنَ ⑲

২০। অদুগা (মী) পুম্নমক্কী লৈ থাকশিং মখোইনা তৌখিবা (অফ-ফত্তব)গী মতুংইন্না, অদুনা অল্লাহনা হন্না পীবিনবা মখোইবু পুরা-পুরা মখোইগী থবকশিংগী অমসুং মখোইবু (খজিক্তা ফাওবা) লান্না তৌবিদনবা।

وَيَوْمَ يُعْرَضُ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا عَلَى النَّارِ ۭ اَذْهَبْتُمْ طَيِّبٰتِكُمْ فِيْ حَيَاتِكُمُ الدُّنْيَا وَاسْتَمْتَعْتُمْ بِهَا

২১। অদুগা নুমিৎ অদুদা অচুম্বা থাজদবশিংবু পুরকখ্রবদা মায়োক্লনা খাম্বি মৈমাংদা (মখোইদা অসি হায়বিগনিঃ) "নখোইনা শীজন্নথোকখ্রে নখোইগী অফবা পোৎশিং নখোইগী তাইবঙ পুন্সি

فَالْيَوْمَ تُجْزَوْنَ عَذَابَ الْهُوْنِ بِمَا كُنْتُمْ تَسْتَكْبِرُوْنَ فِي الْأَرْضِ بِغَيْرِ الْحَقِّ وَبِمَا كُنْتُمْ تَفْسُقُوْنَ ﴿٢٠﴾

খোঙফমদা অমসুং নখোইনা থোইনমক নুংঙাইথোকখ্রে মদুদা মরমদুনা ঙসি নুমিত্তা নখোইবু পীবিগনি চোপহনবগী রায়েল-চৈরাক মরমদি নখোই ইফন্দা – ফল্লম্মী (নখোইগী) নরমদমদা অচুম-অরান ইয়েং-য়েংদনা অমসুং নখোই লমকেৎ লমহাইরম্মী।"

৩ শুবা রুকূ

وَاذْكُرْ أَخَا عَادٍ إِذْ أَنْذَرَ قَوْمَهُ بِالْأَحْقَافِ وَقَدْ خَلَتِ النُّذُرُ مِنْ بَيْنِ يَدَيْهِ وَمِنْ خَلْفِهِ أَلَّا تَعْبُدُوا إِلَّا اللَّهَ إِنِّي أَخَافُ عَلَيْكُمْ عَذَابَ يَوْمٍ عَظِيمٍ ﴿٢١﴾

২২। অদুগা নীংশিংঙু আদ (কাঙলুপ)গী মচিন মনাও (পিবা শলাই হুদ)বু; মহাকনা চেকশন্নবা হায়বিখি মহাক্কী মীশিং (লৈরম্বা)বু অল-অহকাফগী লমদা— অমসুং চেকশনহন্নবগী পাওমেনবা কয়া লৈরমখ্রে মহাক্কী মমাংদা অমসুং মতুংদা— অসি হায়দুনা: "ভক্তি তৌগনু কনামতগী অল্লাহ নত্তনা। তশেংবমক ঐনা কিবি নখোইবু রায়েল-চৈরাক থাবিগদবদু অচৌবা নুমিৎ অমদা।"

قَالُوا أَجِئْتَنَا لِتَأْفِكَنَا عَنْ آلِهَتِنَا فَأْتِنَا بِمَا تَعِدُنَا إِنْ كُنْتَ مِنَ الصَّادِقِينَ ﴿٢٢﴾

২৩। মখোইনা হায়খি: "নহাক লাকপ্রা ঐখোইদা তাথোকক্লবগী ঐখোইবু ঐখোইগী লাইশিং (গী পুজা তৌব)দগী? পুরকও ঐখোইদা (রায়েল-চৈরাক) নংনা ধমকা তৌরিবদু ঐখোইদা (থাবিগনি হায়না), নংনা (তশেংবমক) ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।"

قَالَ إِنَّمَا الْعِلْمُ عِنْدَ اللَّهِ وَأُبَلِّغُكُمْ مَا أُرْسِلْتُ بِهِ وَلَٰكِنِّي أَرَاكُمْ قَوْمًا تَجْهَلُونَ ﴿٢٣﴾

২৪। মহাকনা হায়খি: "(নখোইদা চৈরাক থাবিগদবগী অরেপ্পা) জ্ঞানদি অল্লাহতনা খঙই। অদুগা ঐনা পাওথুংই নখোইদা ঐঙোন্দা শীন্নদুনা থারকখিবা (হুকুম) অদুতা, তৌইগুম্বসুং ঐন উই নখোইসে খঙবা-রাৎপা মীশিংনি।

فَلَمَّا رَأَوْهُ عَارِضًا مُسْتَقْبِلَ أَوْدِيَتِهِمْ قَالُوا هَٰذَا عَارِضٌ مُمْطِرُنَا بَلْ هُوَ مَا اسْتَعْجَلْتُمْ بِهِ رِيحٌ

২৫। অদুগী তুংদা মখোইনা উখিবদা (চৈরাক দণ্ডি) অদু—নোংগী তাবুল ওইনা লাকখিবা মখোইগী তমপাক্কী মায়কৈ তম্না, মখোইনা হায়খি: "নোং মতুম অসিনা পুরক্কনি ঐখোইদা নোং-ঈশিং (মরাং কায়না)।" (হুদনা পাওখুম্লখি:) "নত্তে, মসি নখোইনা অথুবদা

لاকহন্নীংলিবা পোৎ অদুনি — নোংলৈ-নুংশিৎনি পুরকলিবা অরাবগী মশক ওইবা চৈরাক দণ্ডি ;

فِيهَا عَذَابٌ أَلِيمٌ ﴿٢٥﴾

২৬। "মদুনা মাঙহনবিখ্রে (মখোইগী) পোৎ খুদিংমক মাগী মপুগী হুকুমনা," অদুনা ইনুং শোরা তৈনা ঙাল্লকপদা করিসু উবা ফংখিদ্রে নত্তনা মখোইগী (মাঙ-তাকহনবিখ্রবা) ময়ুম-মকৈশিং। অসুম্না ঐখোইনা চৈরাক থাবি মরাল লৈরবা মীশিংবু।

تُدَمِّرُ كُلَّ شَيْءٍ بِأَمْرِ رَبِّهَا فَأَصْبَحُوا لَا يُرَىٰ إِلَّا مَسَاكِنُهُمْ ۚ كَذَٰلِكَ نَجْزِي الْقَوْمَ الْمُجْرِمِينَ ﴿٢٦﴾

২৭। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা পীখি মতিক মখোইদা মদুম্না ঐখোইনা পীখিদে মতিক নখোইদা ; অমসুং ঐখোইনা পীখি মখোইদা (তাননবগী) মনাকোংশিং অমসুং (উননবগী) মমিৎশিং অমসুং (খঙননবগী) মথম্মোইশিং। তৌইগুম্বসুং মখোইগী মনাকোংশিং অমসুং মমিৎশিং অমসুং মথম্মোইশিংনা কান্নবা করিসু ওইখিদে মখোইদা, মরমদি মখোইনা য়াখিদে অল্লাহগী পাওজেনশিংবু : অমসুং মখোইনা নোক্নরম্বা অদুনা (ওনশন্দুনা) পুংকোয়-কোয়শনবিখি মখোইবু।

وَلَقَدْ مَكَّنَّاهُمْ فِيمَا إِن مَّكَّنَّاكُمْ فِيهِ وَجَعَلْنَا لَهُمْ سَمْعًا وَأَبْصَارًا وَأَفْئِدَةً فَمَا أَغْنَىٰ عَنْهُمْ سَمْعُهُمْ وَلَا أَبْصَارُهُمْ وَلَا أَفْئِدَتُهُم مِّن شَيْءٍ إِذْ كَانُوا يَجْحَدُونَ بِآيَاتِ اللَّهِ وَحَاقَ بِهِم مَّا كَانُوا بِهِ يَسْتَهْزِئُونَ ﴿٢٧﴾

৪ শুবা রুকূ

২৮। অদুগা, তশেংবমক, ঐখোইনা মাঙ-তাকহনবিখ্রে শহরশিং নখোইগী অকোয়বদা; অমসুং ঐখোইনা তোঙান-তোঙানবা মওংদা ফোংদোকপিখি (মখোইগীদমক্তা) পাওজেনশিং অদুনা মখোই মপুকনিং ওনশনজনবা (অল্লাহদা)।

وَلَقَدْ أَهْلَكْنَا مَا حَوْلَكُم مِّنَ الْقُرَىٰ وَصَرَّفْنَا الْآيَاتِ لَعَلَّهُمْ يَرْجِعُونَ ﴿٢٨﴾

২৯। করি মরমগী মখোইনা নীংজরম্বা অল্লাহ নত্তবা, (মখোইবু) পুশনবিনবা (অল্লাহগী) নাক্তা, মখোইদুনা তেংবাংখিদবগে মখোইবু? নত্তে, মখোই (লাইশিং) অদু মাঙখ্রে মখোইদগী দরকারগী পুংফমদা); মসিনিদো মখোইগী মীনম্বা অমসুং মখোইনা ওইদবা শাগৎলম্বদু।

فَلَوْلَا نَصَرَهُمُ الَّذِينَ اتَّخَذُوا مِن دُونِ اللَّهِ قُرْبَانًا آلِهَةً ۖ بَلْ ضَلُّوا عَنْهُمْ ۚ وَذَٰلِكَ إِفْكُهُمْ وَمَا كَانُوا يَفْتَرُونَ ﴿٢٩﴾

৩০। অদুগা নীংশিঙণু ঐখোইনা ওনশনহনবিখি নংঙোন্দা জিন কাঙবু অমা, মখোইনা তানীংলম্মী

وَإِذْ صَرَفْنَا إِلَيْكَ نَفَرًا مِّنَ الْجِنِّ يَسْتَمِعُونَ الْقُرْآنَ

فَلَمَّا حَضَرُوْهُ قَالُوْٓا اَنْصِتُوْا ۚ فَلَمَّا قُضِيَ وَلَّوْا اِلٰى قَوْمِهِمْ مُّنْذِرِيْنَ ﴿٢٩﴾

কুরআন অমসুং মখোইনা হাজির ওইখিবদা মদু (থীথদুনা তাহনবা মফমদা), মখোইনা হায়খি (অমনা অমদা)ঃ "তুমিন্না লৈয়ু (অমসুং মুন্না তাও)!" মদু (থীথবা) লোয়খ্রবদা, মখোই হন্দুনা চৎখি মখোইগী মীশিংদা, চেকশন্নবা হায়বিনবগী (মখোইবু)।

قَالُوْا يٰقَوْمَنَآ اِنَّا سَمِعْنَا كِتٰبًا اُنْزِلَ مِنْۢ بَعْدِ مُوْسٰى مُصَدِّقًا لِّمَا بَيْنَ يَدَيْهِ يَهْدِيْٓ اِلَى الْحَقِّ وَاِلٰى طَرِيْقٍ مُّسْتَقِيْمٍ ﴿٣٠﴾

৩১। মখোইনা হায়খিঃ "হে ঐখোইগী মীশিং! ঐখোইনা তারে কিতাব অমা থারকখিবা (ঐখোইগী ধর্ম্ম গুরু) মুসাগী মতুংদা, (মদুনা) চুমই হায়না প্রমাণ পী মাগী মমাংদা লৈরম্বা (কিতাব)দু, মদুনা লমজিংই (থাঙ্গৈশেংবা) অচুম্বদা অমসুং অচুম্বা লম্বীদা।

يٰقَوْمَنَآ اَجِيْبُوْا دَاعِيَ اللّٰهِ وَاٰمِنُوْا بِهٖ يَغْفِرْ لَكُمْ مِّنْ ذُنُوْبِكُمْ وَيُجِرْكُمْ مِّنْ عَذَابٍ اَلِيْمٍ ﴿٣١﴾

৩২। "হে ঐখোইগী মীশিং। নখোই য়াও অল্লাহগী মায়কৈদা বারতোন তৌবা মীনা কৌবদা অমসুং থাজৌ (অল্লাহ) মহাকপু। মহাকনা কোকপিগনি নখোইবু নখোইগী নপাপশিং অমসুং ঙাকপিগনি নখোইবু অৱাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক্তগী।

وَمَنْ لَّا يُجِبْ دَاعِيَ اللّٰهِ فَلَيْسَ بِمُعْجِزٍ فِي الْاَرْضِ وَلَيْسَ لَهٗ مِنْ دُوْنِهٖٓ اَوْلِيَآءُ ۚ اُولٰٓئِكَ فِيْ ضَلٰلٍ مُّبِيْنٍ ﴿٣٢﴾

৩৩। "তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা পাওখুমদ্রবদি অল্লাহগী মায়কৈদা বারতোন তৌবা মীনা কৌবদা, মহাকনা ঙমলোই নাংথোকপা মালেমদা নত্তগা লৈরোই ঙাকপিনবা কনামতা* (অল্লাহ) মহাক নত্তনা। অসিগুম্বা মীতাশিং তশেং-তশেংনা লম্মুক্লরবনি।"

اَوَلَمْ يَرَوْا اَنَّ اللّٰهَ الَّذِيْ خَلَقَ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضَ وَلَمْ يَعْيَ بِخَلْقِهِنَّ بِقٰدِرٍ عَلٰٓى اَنْ يُّحْيِيَ الْمَوْتٰى ۚ بَلٰٓى اِنَّهٗ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيْرٌ ﴿٣٣﴾

৩৪। মখোইনা উদব্রা অল্লাহবু—মহাকনা লৈশেম-নুংশেমবিখি স্বর্গ অমসুং পৃথিবী অমসুং চোকথবা করিসু লৈখিদে মখোইগী শেম-শাবদা, মহাক্তি ঙম্বনি হিংগৎহনবা অশিবশিংবু? হোই, তশেংবমক, মহাক্তি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

وَيَوْمَ يُعْرَضُ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا عَلَى النَّارِ ۗ اَلَيْسَ هٰذَا بِالْحَقِّ ۗ قَالُوْا بَلٰى وَرَبِّنَا ۗ قَالَ فَذُوْقُوا الْعَذَابَ

৩৫। অদুগা নুমিৎ অদুদা অচুম্বা থাজদবশিংবু পুরকখ্রবদা মায়োক্লনা খাম্বি মৈমাংদা (মখোইদা অসি হায়বিগনিঃ) "মসি অচুম্বা নত্তব্রা?" মখোইনা পাওখুমগনিঃ "হোই, ঐখোইগী মপুগী

بِمَا كُنۡتُمۡ تَكۡفُرُوۡنَ ۝٣٤

কসম (অচুম্বনি)! মহাকনা হায়বিগনিঃ "অদু ওইরবদি, তংঙু মহাউ (খাম্বি মৈগী) চৈরাক, মরমদি নখোই অচুম্বা থাজরমদে।"

فَاصۡبِرۡ كَمَا صَبَرَ اُولُوا الۡعَزۡمِ مِنَ الرُّسُلِ وَلَا تَسۡتَعۡجِلۡ لَّهُمۡ ؕ كَاَنَّهُمۡ يَوۡمَ يَرَوۡنَ مَا يُوۡعَدُوۡنَ ۙ لَمۡ يَلۡبَثُوۡۤا اِلَّا سَاعَةً مِّنۡ نَّهَارٍ ؕ بَلٰغٌ ۚ فَهَلۡ يُهۡلَكُ اِلَّا الۡقَوۡمُ الۡفٰسِقُوۡنَ ۝٣٥

৩৬। মরমদুনা খাংবা মল্লু, ধর্ম্ম পাওতাকপশিং (মমাংঙৈদা লাকখিবা) না উনবি পুকনিং চেংনা অখাং কনখিবগুম; অমসুং থুনা নীগনু (রায়েল-চৈরাক) মখোইগীদমক্তা। নুমিৎ অদুদা মখোইনা উরবদা মখোইদা রাশক তৌবিখিবদু মদু মানগনি মখোইদা মখোইনা লৈরমদবগুম (সংসারদা) পুংজা অমা নত্তনা নুমিৎ শিংবুম অমগী। (চেকশন্নবা হায়বিবসি) লাউথোকপিখ্রে; অমসুং কনাঅমতা মাঙ-তাকহনবিরোই হায়বা ইন্দবা মীশিং নত্তনা।



মুহম্মদ সূরহ ৪৭

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ৩৯ নি)

بِسۡمِ اللّٰهِ الرَّحۡمٰنِ الرَّحِيۡمِ ۝١

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

اَلَّذِيۡنَ كَفَرُوۡا وَصَدُّوۡا عَنۡ سَبِيۡلِ اللّٰهِ اَضَلَّ اَعۡمَالَهُمۡ ۝٢

২। অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা অচুম্বা থাজদবা অমসুং (মীশিংবু) থিংবা অল্লাহগী লম্বীদগী— মহাকনা ওইহল্লি মখোইগী থবকশিং করিসু কান্নদবা।

وَالَّذِيۡنَ اٰمَنُوۡا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ وَاٰمَنُوۡا بِمَا نُزِّلَ عَلٰى مُحَمَّدٍ وَّهُوَ الۡحَـقُّ مِنۡ رَّبِّهِمۡ ۙ كَفَّرَ عَنۡهُمۡ سَيِّاٰتِهِمۡ وَاَصۡلَحَ بَالَهُمۡ ۝٣

৩। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা অচুম্বা থাজরবা অমসুং অফবা থবকশিং খোঙফম্নরবা অমসুং থাজরবা মুহম্মদদা ফোংদোকপিখিবা অদুদা—অমসুং (তশেংনা) মদু অচুম্বনি মখোইগী মপুদগী— (অদু ওইবা মতমদা) মহাকনা লৌথোকপিগনি মখোইদগী মখোইগী ফত্তবশিং অমসুং ফগৎহনবিগনি মখোইগী (অশোনবা) ফিবম।

৪। মসি (মহাকনা তৌবিগনি)মরমদি অচুম্বা থাজদবশিংনা লম্বীনৈ অরানবা অমসুং অচুম্বা থাজবশিংনা তুং ইল্লি অচুম্বা মখোইগী মপুদগী। অসুম্না অল্লাহনা পুথোকপি মীশিংদা মখোইগী মান্নবা মতৌশিং (লমজিংগীদমক)।

ذٰلِكَ بِأَنَّ الَّذِينَ كَفَرُوا اتَّبَعُوا الْبَاطِلَ وَأَنَّ الَّذِينَ آمَنُوا اتَّبَعُوا الْحَقَّ مِن رَّبِّهِمْ كَذٰلِكَ يَضْرِبُ اللَّهُ لِلنَّاسِ أَمْثَالَهُمْ ۝٣

৫। মরমদুনা নখোইনা লাংথেংনবদা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু, ফুদেকউ মখোইগী মঙকশিং; অসি য়ৌবফাওবা নখোইনা পুরা লাকথুরবদা মখোইবু, (করিগুম্বা হিংনা ফারবদি) চেৎনা ফাজন-পুনশল্লু মখোইবু (বন্দী ওইনা), মতুংদা চুম্না থাদোকপিয়ু (মখোইবু) চানবিবগা লোয়ননা নত্রগা থাদোকমল লৌদুনা, লানগী খুচু-খুৎলাই পুমথা-থাদোক্তরিবা ফাওবা। মদু (আইননি)। অদুগা অল্লাহনা করিগুম্বা নীংলমলবদি, মহাকনা চৈরাক থাবিরমগনি মখোইবু, তৌইগুম্বসুং (মহাকনা হুকুম তৌবিরি মখোইবু লান থেংননবগী) অদুনা মহাকনা চাং য়েংনবা নখোই খরবু অতোপ্পগা (থেঙ্গায়নহন্দুনা)। অদুগা অল্লাহগী লম্বীদা হাৎখ্রবশিং মখোইদু, মহাকনা কদৌঙৈদসু ওইহনবিরোই মখোইগী থবকশিং কান্নদবা।

فَإِذَا لَقِيتُمُ الَّذِينَ كَفَرُوا فَضَرْبَ الرِّقَابِ حَتَّىٰ إِذَا أَثْخَنتُمُوهُمْ فَشُدُّوا الْوَثَاقَ فَإِمَّا مَنًّا بَعْدُ وَإِمَّا فِدَاءً حَتَّىٰ تَضَعَ الْحَرْبُ أَوْزَارَهَا ذٰلِكَ وَلَوْ يَشَاءُ اللَّهُ لَانتَصَرَ مِنْهُمْ وَلَٰكِن لِّيَبْلُوَ بَعْضَكُم بِبَعْضٍ وَالَّذِينَ قُتِلُوا فِي سَبِيلِ اللَّهِ فَلَن يُضِلَّ أَعْمَالَهُمْ ۝٤

৬। মহাকনা লমজিংবিগনি মখোইবু অমসুং ফগৎহনবিগনি মখোইগী ফিবম;

سَيَهْدِيهِمْ وَيُصْلِحُ بَالَهُمْ ۝٥

৭। অমসুং চঙহনবিগনি মখোইবু স্বর্গ লৈকোন্নুংদা মদু মহাকনা খঙহনবিখ্রে মখোইদা।

وَيُدْخِلُهُمُ الْجَنَّةَ عَرَّفَهَا لَهُمْ ۝٦

৮। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোইনা তেংবাংলবদি অল্লাহ(গী দীন)বু মহাকনা তেংবাংবিগনি নখোইবু অমসুং চেৎহনবিগনি নখোইগী খোঙফমসু।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا إِن تَنصُرُوا اللَّهَ يَنصُرْكُمْ وَيُثَبِّتْ أَقْدَامَكُمْ ۝٧

৯। তৌইগুম্বসুং অচুম্বা থাজদবশিংদু, পুম্মাঙ-মাঙবা তাই মখোই অমসুং মহাকনা করিসু কান্নহনবিরোই মখোইগী থবকশিং।

وَالَّذِينَ كَفَرُوا فَتَعْسًا لَّهُمْ وَأَضَلَّ أَعْمَالَهُمْ ۝٨

ذٰلِكَ بِاَنَّهُمْ كَرِهُوْا مَآ اَنْزَلَ اللّٰهُ فَاَحْبَطَ اَعْمَالَهُمْ ﴿١٠﴾

১০। মদু (অচুম্বমক থোক্কনি মখোইদা) মরমদি মখোইনা তুক্কচৈ অল্লাহনা থাবিরকখিবা অদু; মরমদুনা মহাকনা মখে য়ানহনবিদে মখোইগী থবকশিং।

اَفَلَمْ يَسِيْرُوْا فِى الْاَرْضِ فَيَنْظُرُوْا كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الَّذِيْنَ مِنْ قَبْلِهِمْ دَمَّرَ اللّٰهُ عَلَيْهِمْ وَلِلْكٰفِرِيْنَ اَمْثَالُهَا ﴿١١﴾

১১। করি! মখোইনা কোয়দব্রা পৃথিবী অমসুং উদব্রা করি পোল্লোই থোকখিবা মখোইগী মমাংদা লৈরম্বশিংদো? অল্লাহনা খমথেংনা মাঙহনবিখি মখোইবু অমসুং লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদা থোক্কনি মদুগুম্বা (দশা লায়বক)।

ذٰلِكَ بِاَنَّ اللّٰهَ مَوْلَى الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَاَنَّ الْكٰفِرِيْنَ لَا مَوْلٰى لَهُمْ ﴿١٢﴾

১২। মদু (শোয়দনমক থোরক্কনি) মরমদি অল্লাহদি ঙাকপি-শেনবিবনি অচুম্বা থাজবশিংগী, তৌইগুম্বসুং লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগীদমক্তি— লৈতে ঙাকপি শেনবিবা কনামতা মখোইগী।

২ শুবা রুকূ

اِنَّ اللّٰهَ يُدْخِلُ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ جَنّٰتٍ تَجْرِىْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ وَالَّذِيْنَ كَفَرُوْا يَتَمَتَّعُوْنَ وَيَاْكُلُوْنَ كَمَا تَاْكُلُ الْاَنْعَامُ وَالنَّارُ مَثْوًى لَّهُمْ ﴿١٣﴾

১৩। তশেংবমক, অল্লাহনা চঙহনবিগনি অচুম্বা থাজবশিং অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনববু স্বর্গ লৈকোনশিংদা—মখা অদুদা (লিক্লাই মহীনরবী) তুরেলশিং (ঈপান চাওনা) ঈচেল্লি। তৌইগুম্বসুং লমফৈ-খোঙফম্নবশিং থোইনমক হরাও-তয়াম্বা অমসুং শজিক চাবা শাশিংগুম্না চাবা মখোইদুগী লৈফমদি (নরক্কী) খাম্বি মৈকোন্দনি।

وَكَاَيِّنْ مِّنْ قَرْيَةٍ هِىَ اَشَدُّ قُوَّةً مِّنْ قَرْيَتِكَ الَّتِىْٓ اَخْرَجَتْكَ اَهْلَكْنٰهُمْ فَلَا نَاصِرَ لَهُمْ ﴿١٤﴾

১৪। অদুগা শহর কয়া, নংগী শহরদগী হেন্না পাঙ্গলবনা তান্থোকপিখিবদু নংবু, ঐখোইনা মাঙ-তাকহনবিখ্রবা অমসুং মখোইগী কনাসু লৈখিদে তেংবাংবিনবা!

اَفَمَنْ كَانَ عَلٰى بَيِّنَةٍ مِّنْ رَّبِّهٖ كَمَنْ زُيِّنَ لَهٗ سُوْٓءُ عَمَلِهٖ وَاتَّبَعُوْٓا اَهْوَآءَهُمْ ﴿١٥﴾

১৫। করি! অদুগুম্বা মীওই তশেংবা দলিল ফংবগা মহাক্কী মপুদগী মাম্নবা য়াব্রা (অতোপ্পা) মখোইদুগা মখোইগী ফত্তবা থবকশিং উহল্লি ফজবা ওইনা (শৈতান্না); অমসুং মখোইনা তুংইল্লি মখোইগী অতোনবা অপাম্বশিংগী।

مَثَلُ الْجَنَّةِ الَّتِىْ وُعِدَ الْمُتَّقُوْنَ فِيْهَآ اَنْهٰرٌ

১৬। পান্দম অমদি স্বর্গ লৈকোন (পীবিনি হায়না) ৱাশকপিরিবদু ধর্ম্ম-ফম্বৈনবশিংদা (অসিগুম্বনি)ঃ

مِّن مَّآءٍ غَيْرِ ءَاسِنٍ وَأَنْهَٰرٌ مِّن لَّبَنٍ لَّمْ يَتَغَيَّرْ طَعْمُهُۥ وَأَنْهَٰرٌ مِّنْ خَمْرٍ لَّذَّةٍ لِّلشَّٰرِبِينَ وَأَنْهَٰرٌ مِّنْ عَسَلٍ مُّصَفًّى وَلَهُمْ فِيهَا مِن كُلِّ ٱلثَّمَرَٰتِ وَمَغْفِرَةٌ مِّن رَّبِّهِمْ كَمَنْ هُوَ خَٰلِدٌ فِى ٱلنَّارِ وَسُقُوا۟ مَآءً حَمِيمًا فَقَطَّعَ أَمْعَآءَهُمْ ﴿١٥﴾

মদুগী মনুংদা লৈ (লিক্লাই মহীনরবী) ঈশিংগী তুরেলশিং মদু মোৎপা নাইদে; অমসুং ষঙ্গোমগী তুরেলশিং মদুগী মহাউ ওনবা নাইদে; অমসুং যুগী তুরেলশিং মদু য়াম্না হাওবনি অথকপশিংদা; অমসুং তুরেলশিং শেংদোকলবা খোইহীগী। অদুগা মদুগী মনুংদা মখোই ফংগনি উহৈ মখল পুম্নমক (মখোইগী অফবা থবকশিংগী উপাম্বশিংদা পানবা), অমসুং কোকপিবা মখোইগী মপুগী মায়কৈদগী। (অসিগুম্বা নুংঙাইবশিং য়াওন্নরিবা মখোইদু) মান্নবা য়াগদ্রা খাম্বি মৈনুংদা লৈবশিংগা অমসুং মখোইবু ক্রুং-ক্রুং শৌবা ঈশিং পিথকপগা, মদুনা পোকখায়হল্লি মখোইগী থীবোং-থীরিলশিং ?

وَمِنْهُم مَّن يَسْتَمِعُ إِلَيْكَ حَتَّىٰٓ إِذَا خَرَجُوا۟ مِنْ عِندِكَ قَالُوا۟ لِلَّذِينَ أُوتُوا۟ ٱلْعِلْمَ مَاذَا قَالَ ءَانِفًا أُو۟لَٰٓئِكَ ٱلَّذِينَ طَبَعَ ٱللَّهُ عَلَىٰ قُلُوبِهِمْ وَٱتَّبَعُوٓا۟ أَهْوَآءَهُمْ ﴿١٦﴾

১৭। অদুগা (লমফৈ-খোঙফম্নবশিং) মখোইগী মরক্তা অসিগুম্বা মীওই খরা লৈ মখোইনা তাই নংনা ঙাঙ-শকপদা অসি য়ৌবফাওবা, মদুদি মখোইনা হায় (করেম্নবা ওইনা) জ্ঞান পীখ্রবা মীশিংদাঃ "হৌজিক মহাকনা রা ঙাঙখিবদু করিনো?" মখোইসিবুনি মখোইগী মথম্মোইশিং অল্লাহনা চুম নমশিনবিখ্রবনি, অমসুং মখোইনা তুংইল্লি মখোইগী অতোনবা অপাম্বশিংগী।

وَٱلَّذِينَ ٱهْتَدَوْا۟ زَادَهُمْ هُدًى وَءَاتَىٰهُمْ تَقْوَىٰهُمْ ﴿١٧﴾

১৮। তৌইগুম্বসুং লমজিং ইনবা মীশিংগীদি, অল্লাহনা হেনগৎহল্লি মখোইগী লমজিং অমসুং পীনবি মখোইবু ফজবা ব্যবহার (জগৎনা তমজনিঙঙাই ওইবা)।

فَهَلْ يَنظُرُونَ إِلَّا ٱلسَّاعَةَ أَن تَأْتِيَهُم بَغْتَةً فَقَدْ جَآءَ أَشْرَاطُهَا فَأَنَّىٰ لَهُمْ إِذَا جَآءَتْهُمْ ذِكْرَىٰهُمْ ﴿١٨﴾

১৯। (লমফৈ-খোঙফম্নবশিং) মখোইনা ঙাইব্রা পুংফম অদুতবু, মদু লাক্কনি মখোইদা ইখঙ-খঙহৌদবদা (নোং মংদনা বজ্র তাবগুম)? মদুগী খুদমশিং লাকপা হৌখ্রে। মরমদুনা মদুনা (তশেংনা) লাকখ্রবদা মখোইদা, করি কান্নবা ফংগদৌরি মখোইনা পাওমেনবনা মখোইবু?

فَٱعْلَمْ أَنَّهُۥ لَآ إِلَٰهَ إِلَّا ٱللَّهُ وَٱسْتَغْفِرْ لِذَنۢبِكَ وَ

২০। মরমদুনা, খঙঙু মদুদি চীঙু লাই কনামতা

লৈতে অল্লাহ নত্তনা. অমসুং হঙ্গৎচৌ ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা ঙাকপিনবগী নংগী অশোয়-অঙাম, অমসুং (অচুম্বা) থাজবা নিপাশিং অমসুং থাজবা নুপীশিং-গীদমকসু। অদুগা অল্লাহনা খঙই নখোইনা চৎপা থোকপা অমসুং নখোইনা পোথাফম।

لِلْمُؤْمِنِينَ وَالْمُؤْمِنَاتِ ۗ وَاللَّهُ يَعْلَمُ مُتَقَلَّبَكُمْ وَمَثْوَاكُمْ ﴿٢٠﴾

৩ শুবা রুকূ

২১। অদুগা অচুম্বা থাজবশিংনা হায়ঃ "করি মরমগী সূরহ অমদং থাবিরক্তবগে" তৌইগুম্বসুং অর্থ চয়েৎনদবা সূরহ অমা থাবিরকপদা অমসুং লানগী ৱা হায়রবদি মদুদা নংনা উই মথম্মোইনুংশিংদা অনাবা পকপশিং মখোইদুনা য়েংই নংঙোন্দা শিরমদাইগী তাইফেৎ তাবা মিৎয়েংগা মান্নবা। মরমদুনা অৱাবনি মখোইদু!

وَيَقُولُ الَّذِينَ آمَنُوا لَوْلَا نُزِّلَتْ سُورَةٌ ۖ فَإِذَا أُنْزِلَتْ سُورَةٌ مُحْكَمَةٌ وَذُكِرَ فِيهَا الْقِتَالُ ۙ رَأَيْتَ الَّذِينَ فِي قُلُوبِهِمْ مَرَضٌ يَنْظُرُونَ إِلَيْكَ نَظَرَ الْمَغْشِيِّ عَلَيْهِ مِنَ الْمَوْتِ ۖ فَأَوْلَىٰ لَهُمْ ﴿٢١﴾

২২। হায়বা ইনবা অমসুং ফজবা ৱাঙাঙ (না মখোইগী হেন্না ফরমগনি)। মরমদুনা (লানগী) ৱা লেপনখ্রবা মতমদা, মখোইনা (তশেংনা) হায়বা ইল্লমলবদি অল্লাহদা মখোইগী অফবা ওইরমগনি।

طَاعَةٌ وَقَوْلٌ مَعْرُوفٌ ۚ فَإِذَا عَزَمَ الْأَمْرُ فَلَوْ صَدَقُوا اللَّهَ لَكَانَ خَيْرًا لَهُمْ ﴿٢٢﴾

২৩। (হে থম্মোই শোনবশিং!) নখোইবু করিগুম্বা শক্তি পীরমলবদি নখোই শোয়দনমক তৌরমগনি অমাঙবা মালেমথক্তা অমসুং ককথৎলমগনি নখোইগী ঈ মরী থোকপশিং।

فَهَلْ عَسَيْتُمْ إِنْ تَوَلَّيْتُمْ أَنْ تُفْسِدُوا فِي الْأَرْضِ وَتُقَطِّعُوا أَرْحَامَكُمْ ﴿٢٣﴾

২৪। মখোইসিবুনি অল্লাহনা সিরাপ তৌবিখ্রবা, অদুনা মহাকনা পঙশনহনবিখ্রে মখোইগী মনাকোংশিং অমসুং তাংহনবিখ্রে মখোইগী মমিৎশিং।

أُولَٰئِكَ الَّذِينَ لَعَنَهُمُ اللَّهُ فَأَصَمَّهُمْ وَأَعْمَىٰ أَبْصَارَهُمْ ﴿٢٤﴾

২৫। করি! মখোইবু ধ্যান তৌদব্রা কুরআন্দা নত্ত্রগা মখোইগী মথম্মোইশিং পৌরোল লোনশনখ্রব্রা?

أَفَلَا يَتَدَبَّرُونَ الْقُرْآنَ أَمْ عَلَىٰ قُلُوبٍ أَقْفَالُهَا ﴿٢٥﴾

২৬। তশেংবমক, অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা তুং ওনশনবদু (অচুম্বা) লমজিং তশেং-তশেংনা উৎখ্রবদা মখোইদা, শৈতান্না লম লান্না

إِنَّ الَّذِينَ ارْتَدُّوا عَلَىٰ أَدْبَارِهِمْ مِنْ بَعْدِ مَا تَبَيَّنَ لَهُمُ الْهُدَى ۙ الشَّيْطَانُ سَوَّلَ لَهُمْ وَأَمْلَىٰ

لَهُمْ ﴿٢٦﴾

চিংথোকপিখ্রে মখোইবু অমসুং থাজিনবিখ্রে অরানবা আশা মখোইদা।

ذٰلِكَ بِاَنَّهُمْ قَالُوْا لِلَّذِيْنَ كَرِهُوْا مَا نَزَّلَ اللّٰهُ سَنُطِيْعُكُمْ فِيْ بَعْضِ الْاَمْرِ ۚ وَاللّٰهُ يَعْلَمُ اِسْرَارَهُمْ ﴿٢٧﴾

২৭। মসি (থোক্কনি মখোইদা) মরমদি মখোইনা (অরোনবদা) হায়খি অদুগুম্বা মীওইশিংদা মখোইনা পামদে অল্লাহনা ফোংদোকপিরকখিবা (কিতাব)দা ঃ "ঐখোইনা তুং ইনগনি নখোইগী রাফম খরদা;" তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা খঙই মখোইগী অরোন-অথুপ্পশিং।

فَكَيْفَ اِذَا تَوَفَّتْهُمُ الْمَلٰٓئِكَةُ يَضْرِبُوْنَ وُجُوْهَهُمْ وَاَدْبَارَهُمْ ﴿٢٨﴾

২৮। মখোই করি থোক্কনি স্বর্গ দুতশিংনা মথরাই লৌবা মতমদা মখোইবু, ফুগায়দুনা মখোইগী মমায়শিং অমসুং মখোইগী মনমশিং ?

ذٰلِكَ بِاَنَّهُمُ اتَّبَعُوْا مَآ اَسْخَطَ اللّٰهَ وَكَرِهُوْا رِضْوَانَهٗ فَاَحْبَطَ اَعْمَالَهُمْ ﴿٢٩﴾ ع

২৯। মসি (মখোই ফংবা তাই) মরমদি মখোইনা তুং ইনখি অল্লাহনা পামদবা অদুতগী অমসুং মখোইনা তুক্কচখি (হোৎনবা) মহাকনা পেনবিনবগী। মরমদুনা মহাকনা ওইহনবিখি মখোইগী থবকশিং করিসু কান্নদবা।

৪ শুবা রুকূ

اَمْ حَسِبَ الَّذِيْنَ فِيْ قُلُوْبِهِمْ مَّرَضٌ اَنْ لَّنْ يُّخْرِجَ اللّٰهُ اَضْغَانَهُمْ ﴿٣٠﴾

৩০। মথম্মোইনুংশিংদা অনাবা পকপা মখোইনা খনব্রা অল্লাহনা ফোংদোকপিররোই মখোইগী মীওৎনীংবা ?

وَلَوْ نَشَآءُ لَاَرَيْنٰكَهُمْ فَلَعَرَفْتَهُمْ بِسِيْمٰهُمْ ۚ وَلَتَعْرِفَنَّهُمْ فِيْ لَحْنِ الْقَوْلِ ۚ وَاللّٰهُ يَعْلَمُ اَعْمَالَكُمْ ﴿٣١﴾

৩১। অদুগা ঐখোইনা করিগুম্বা নীংলমলবদি, ঐখোইনা উহল্লমগনি মখোইবু নংঙোন্দা অদুনা নংনা শকখঙনবা মখোইবু মখোইগী (ফোংদোক্লঙাই) খুদমনা।

অদুগা নংনা শোয়দনমক খঙগনি মখোইবু (মখোইগী) ৱা ঙাঙবগী খোন্দানা। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা খঙই নখোইগী থবকশিং।

وَلَنَبْلُوَنَّكُمْ حَتّٰى نَعْلَمَ الْمُجٰهِدِيْنَ مِنْكُمْ وَالصّٰبِرِيْنَ ۙ وَنَبْلُوَا اَخْبَارَكُمْ ﴿٣٢﴾

৩২। অদুগা ঐখোইনা শোয়দনমক চাংয়েংবিগনি নখোইবু ঐখোইনা তোঙান্না খায়দোক্তরিবা ফাওবা নখোইগী মরক্তা হোৎনবা কনবশিং (অল্লাহগী লম্বীদা) অমসুং অখাংকনবশিং (খায়দোক্নুনা মীফম্তশিং) অমসুং খঙদরিবা (ফাওবা) নখোইগী (অকুপ্পা) পাও।

إِنَّ الَّذِينَ كَفَرُوا وَصَدُّوا عَن سَبِيلِ اللَّهِ وَشَاقُّوا الرَّسُولَ مِن بَعْدِ مَا تَبَيَّنَ لَهُمُ الْهُدَىٰ لَن يَضُرُّوا اللَّهَ شَيْئًا وَسَيُحْبِطُ أَعْمَالَهُمْ ﴿٣٢﴾

৩৩। তশেংবমক, অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা অচুম্বা থাজদবা অমসুং থিংবা (মীশিংবু) অল্লাহগী লম্বীদগী অমসুং মায়োক্নবা ধর্ম্ম পাওতাকপা মীবু মখোইদা (স্বর্গগী) লমজিং তশেংনা উৎখ্রবা মতুংদা মখোইদা, ঙমলোই করিমতা মাঙহনবা অল্লাহবু। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা করিসু কান্নহনবিরোই মখোইগী থবকশিং।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا أَطِيعُوا اللَّهَ وَأَطِيعُوا الرَّسُولَ وَلَا تُبْطِلُوا أَعْمَالَكُمْ ﴿٣٣﴾

৩৪। হে অচুম্বা থাজবশিং! ইল্লু ময়াথং অল্লাহগী অমসুং ইল্লু ময়াথং রসুলগী অমসুং ওইহনগনু নখোইগী থবকশিং করিসু কান্নদবা।

إِنَّ الَّذِينَ كَفَرُوا وَصَدُّوا عَن سَبِيلِ اللَّهِ ثُمَّ مَاتُوا وَهُمْ كُفَّارٌ فَلَن يَغْفِرَ اللَّهُ لَهُمْ ﴿٣٤﴾

৩৫। তশেংবমক, অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা (অচুম্বা) থাজদবা অমসুং থিংবা (মীশিংবু) অল্লাহগী লম্বীদগী, অদুগী তুংদা মখোই শিরবা থাজদবশিং ওইনা—অল্লাহনা কদৌঙেদসু কোকপিরোই মখোইবু (মপাপ্তগী)।

فَلَا تَهِنُوا وَتَدْعُوا إِلَى السَّلْمِ وَأَنتُمُ الْأَعْلَوْنَ وَاللَّهُ مَعَكُمْ وَلَن يَتِرَكُمْ أَعْمَالَكُمْ ﴿٣٥﴾

৩৬। মরমদুনা নখোই (হে মুসলিমশিং!) থৌশা-রাশাদবা তৌগনু অমসুং তাইশন্নবগী রা হৌগনু (য়েক্নবশিংদা); করিনা হায়ববু নখোই (শোয়দনমক) ওইগনি মথক থোংবা-মরমদি অল্লাহনা লোয়নবিরি নখোইগা, অমসুং মহাকনা কদৌনুংদসু মাঙহনবিরোই (মনা-মথিন) নখোইগী থবকশিংগী।

إِنَّمَا الْحَيَاةُ الدُّنْيَا لَعِبٌ وَلَهْوٌ وَإِن تُؤْمِنُوا وَتَتَّقُوا يُؤْتِكُمْ أُجُورَكُمْ وَلَا يَسْأَلْكُمْ أَمْوَالَكُمْ ﴿٣٦﴾

৩৭। তশেংবমক, তাইবঙ পুন্সিসে করিসু নত্তে শান্নবনি অমসুং হরাও-কুম্মৈনি। তৌইগুম্বসুং নখোইনা (অচুম্বা) থাজরবদি অমসুং ধর্ম্ম কায়দরবদি, মহাকনা পীবিগনি নখোইবু নখোইগী মনা-মথিনশিং অমসুং পীয়ু হায়বিরোই নখোইগী অপায়-পোৎশিং।

إِن يَسْأَلْكُمُوهَا فَيُحْفِكُمْ تَبْخَلُوا وَيُخْرِجْ أَضْغَانَكُمْ ﴿٣٧﴾

৩৮। মহাকনা পীয়ু হায়রবদি নখোইগী (সম্পত্তি) অদু অমসুং তকশল্লবদি নখোইবু (খরচ তৌ হায়দুনা নখোইগী ফনবা মরমদা), নখোই ওইগনি অরীকপা কুপশু, অমসুং মহাকনা পুথোকপিগনি নখোইগী (অরোনবা) কল্লক-য়েংথীবা (মরূপ-মপাংশিংদা)।

৩৮। য়েংউ! নখোই অদুগুম্বা মীশিংনি কৌরিবা অল্লাহগী মায়কৈদা খরচ তৌনবগী (নখোইগী লন-থুমগী শরুক অমা); তৌইগুম্বসুং নখোই খরদি অরীকপনি, অমসুং কনাগুম্বনা লীকশল্লবদি, মহাকনা লীকশনবনি মহাক মশাগী থৱাইগী মায়োক্তা। অদুগা অল্লাহদি ইনাক খুনবনি, তৌইগুম্বসুং নখোইদি লৈত-লাইরবনি। অদুগা নখোইনা তুং হন্দোকলবদি, মহাকনা পুশল্লক্কনি নখোইগী মহুত্তা অতোপ্পা মীশিং মতমদুদা মখোই ওইরোই (অরীকপা কুপশু) নখোইগুম্না।

هَٰٓأَنتُمْ هَٰٓؤُلَآءِ تُدْعَوْنَ لِتُنفِقُوا۟ فِى سَبِيلِ ٱللَّهِ فَمِنكُم مَّن يَبْخَلُ ۖ وَمَن يَبْخَلْ فَإِنَّمَا يَبْخَلُ عَن نَّفْسِهِۦ ۚ وَٱللَّهُ ٱلْغَنِىُّ وَأَنتُمُ ٱلْفُقَرَآءُ ۚ وَإِن تَتَوَلَّوْا۟ يَسْتَبْدِلْ قَوْمًا غَيْرَكُمْ ثُمَّ لَا يَكُونُوٓا۟ أَمْثَٰلَكُم ﴿٣٨﴾




সূরহ ৪৮ অল-ফতহ

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ৩০ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ ٱللَّهِ ٱلرَّحْمَٰنِ ٱلرَّحِيمِ ﴿١﴾

২। তশেংবমক, ঐখোইনা পীখি নংঙোন্দা তশেংবা জয়,

إِنَّا فَتَحْنَا لَكَ فَتْحًا مُّبِينًا ﴿٢﴾

৩। অদুনা অল্লাহনা ঙাকপিনগী নংবু নংগী অশোয়-অঙামশিংদগী মমাং(গী নপুন্সি)দা থোকখিবা অসুং মতুং (গী নপুন্সি)দা থোরক্কদৌবা, অমসুং মহাকনা পুরা তৌবিনবগী মহাক্কী থৌজাল নংগী নথক্তা, অমসুং লমজিংবিনবা নংবু অচুম্বা লম্বীদা;

لِّيَغْفِرَ لَكَ ٱللَّهُ مَا تَقَدَّمَ مِن ذَنۢبِكَ وَمَا تَأَخَّرَ وَيُتِمَّ نِعْمَتَهُۥ عَلَيْكَ وَيَهْدِيَكَ صِرَٰطًا مُّسْتَقِيمًا ﴿٣﴾

৪। অমসুং অল্লাহনা তেংবাংবিনবা নংবু অচৌবা মতেংনা।

وَيَنصُرَكَ ٱللَّهُ نَصْرًا عَزِيزًا ﴿٤﴾

৫। মহাকননি থাবিরকখিবা অঙাংবা থম্মোইনুং-শিংদা অচুম্বা থাজবশিংগী অদুনা মখোইগী ধর্ম্মদা থাজবগী মথক্তা থাজবা হেনগৎনবা। অদুগা

هُوَ ٱلَّذِىٓ أَنزَلَ ٱلسَّكِينَةَ فِى قُلُوبِ ٱلْمُؤْمِنِينَ لِيَزْدَادُوٓا۟ إِيمَٰنًا مَّعَ إِيمَٰنِهِمْ ۗ وَلِلَّهِ جُنُودُ

ٱلسَّمَٰوَٰتِ وَٱلْأَرْضِ وَكَانَ ٱللَّهُ عَلِيمًا حَكِيمًا ۝٤

অল্লাহনা মপুনি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী তেঙ্গোলশিংগী, অমসুং অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি—

لِّيُدْخِلَ ٱلْمُؤْمِنِينَ وَٱلْمُؤْمِنَٰتِ جَنَّٰتٍ تَجْرِى مِن تَحْتِهَا ٱلْأَنْهَٰرُ خَٰلِدِينَ فِيهَا وَيُكَفِّرَ عَنْهُمْ سَيِّـَٔاتِهِمْ وَكَانَ ذَٰلِكَ عِندَ ٱللَّهِ فَوْزًا عَظِيمًا ۝٥

৬। অদুনা মহাকনা চঙহনবিনবা অচুম্বা থাজবা নিপাশিং অমসুং অচুম্বা থাজবা নুপীশিংবু স্বর্গ লৈকোল্লুংশিংদা ঃ মখা অদুদা তুরেলশিং ঈচেল্লি, মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগনি (মতমপুম্বা), অমসুং মহাকনা লৌথোকপিগনি মখোইদগী মখোইগী ফত্তবশিং — অমসুং মসি অল্লাহগী মনাক্তা, খ্বাইদগী রাংবা জয়নি—

وَيُعَذِّبَ ٱلْمُنَٰفِقِينَ وَٱلْمُنَٰفِقَٰتِ وَٱلْمُشْرِكِينَ وَٱلْمُشْرِكَٰتِ ٱلظَّآنِّينَ بِٱللَّهِ ظَنَّ ٱلسَّوْءِ عَلَيْهِمْ دَآئِرَةُ ٱلسَّوْءِ وَغَضِبَ ٱللَّهُ عَلَيْهِمْ وَلَعَنَهُمْ وَأَعَدَّ لَهُمْ جَهَنَّمَ وَسَآءَتْ مَصِيرًا ۝٦

৭। অদুনা মহাকনা চৈরাক থাবিনবা মতাৎ তৌবা নিপাশিং অমসুং মতাৎ তৌবী নুপীশিং, অমসুং মূর্তি ঈরাৎপা নিপাশিং অমসুং মূর্তি ঈরাৎপী নুপীশিং, মখোইনা খল্লি ফত্তবা রাখলশিং অল্লাহগী মরমদা। মখোইদা থোক্কনি ফত্তবা দশা লাংফম; মরমদি অল্লাহনা শাউবিখ্রে মখোইগী মথক্তা। অদুগা মহাকনা সিরাপ তৌবিখ্রে মখোইবু, অমসুং থৌরাং তৌবিখ্রে নরক মখোইগীদমক্তা ; অমসুং মদু ফত্তবা লমথুংফমনি।

وَلِلَّهِ جُنُودُ ٱلسَّمَٰوَٰتِ وَٱلْأَرْضِ وَكَانَ ٱللَّهُ عَزِيزًا حَكِيمًا ۝٧

৮। অদুগা অল্লাহনা মপুনি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী তেঙ্গোলশিংগী; অমসুং অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

إِنَّآ أَرْسَلْنَٰكَ شَٰهِدًا وَمُبَشِّرًا وَنَذِيرًا ۝٨

৯। তশেংবমক ঐখোইনা থাখি নংবু সাক্ষী অমা ওইনা অমসুং হরাওবা পাও পুবা অমা ওইনা অমসুং চেকশন-রা-হায়বা অমা ওইনা,

لِّتُؤْمِنُوا۟ بِٱللَّهِ وَرَسُولِهِۦ وَتُعَزِّرُوهُ وَتُوَقِّرُوهُ وَتُسَبِّحُوهُ بُكْرَةً وَأَصِيلًا ۝٩

১০। অদুনা নখোই থাজৌ অল্লাহদা অমসুং মহাক্কী ধর্ম পাওতাকপা মীদা, অমসুং তেংবাংঙু মহাকপু অমসুং ঈকাইখুমনৌ মহাকপু। অদুগা নখোই শৈশকউ অল্লাহগী মতিক মঙাল অয়ুক অমসুং সন্ধ্যা মতমদা।

إِنَّ ٱلَّذِينَ يُبَايِعُونَكَ إِنَّمَا يُبَايِعُونَ ٱللَّهَ يَدُ ٱللَّهِ

১১। তশেংবমক, অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা হায়বা ইনবগী রাশকখিবদু নংঙোন্দা হায়বা

فَوْقَ أَيْدِيهِمْ ۚ فَمَن نَّكَثَ فَإِنَّمَا يَنكُثُ عَلَىٰ نَفْسِهِ ۖ وَمَنْ أَوْفَىٰ بِمَا عَاهَدَ عَلَيْهُ اللَّهَ فَسَيُؤْتِيهِ أَجْرًا عَظِيمًا ﴿١١﴾

ইনবগী রাশকখিবনি অল্লাহদা। অল্লাহগী মখুৎ লৈ মখোইগী মখুৎশিংগী মথক্তা। মরমদুনা কনাগুম্বনা থুগায়রবদি (মহাক্কী রাশক), মহাকনা থুগায় মদু মহাক্কী মশা মাঙহনজনবগী; তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা পুরা তৌরবদি মহাকনা তৌখিবা করারদু অল্লাহদা, মহাকনা শোয়দনমক পীবিগনি মঙোন্দা অচৌবা মনা-মথিন।

২ শুবা রুকূ

سَيَقُولُ لَكَ الْمُخَلَّفُونَ مِنَ الْأَعْرَابِ شَغَلَتْنَا أَمْوَالُنَا وَأَهْلُونَا فَاسْتَغْفِرْ لَنَا ۚ يَقُولُونَ بِأَلْسِنَتِهِم مَّا لَيْسَ فِي قُلُوبِهِمْ ۚ قُلْ فَمَن يَمْلِكُ لَكُم مِّنَ اللَّهِ شَيْئًا إِنْ أَرَادَ بِكُمْ ضَرًّا أَوْ أَرَادَ بِكُمْ نَفْعًا ۚ بَلْ كَانَ اللَّهُ بِمَا تَعْمَلُونَ خَبِيرًا ﴿١٢﴾

১২। (কোয়চৎ-চৎপা) অরবী শিং তুংদা লৈথহৌবনা হায়গনি নংঙোন্দা "ঐখোইগী মাল সাল (শঙবদা)অমসুং ইতু ইচাশিং (ঙাক-শেনবদা) ঐখোইবু থবক চিলহনবিখি, মরমদুনা হায়জবিয়ু (অল্লাহদা) ঙাকপিনবগী ঐখোইবু (ঐখোইনা ইনখিদবগী ইবু-ঙোগী নতুংদা)।" মখোইনা হায় মখোইগী মরৈতোনশিংনা মখোইগী মপুকনিংশিংদা লৈতবদু। হায়য়ু (নং পাওখুম্বদা) ঃ "কনানা করি মতেং পীবা ঙমগনি মখোইদা অল্লাহগী মমাংদা, মহাকনা করিগুম্বা মাঙহনগে নীংলবদি নখোইবু নত্রগা করিগুম্বা কান্নবা পীগে নীংলবদি নাখোইবু?" মদু নত্তে, অল্লাহদি খবররালানি নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

بَلْ ظَنَنتُمْ أَن لَّن يَنقَلِبَ الرَّسُولُ وَالْمُؤْمِنُونَ إِلَىٰ أَهْلِيهِمْ أَبَدًا وَزُيِّنَ ذَٰلِكَ فِي قُلُوبِكُمْ وَظَنَنتُمْ ظَنَّ السَّوْءِ وَكُنتُمْ قَوْمًا بُورًا ﴿١٣﴾

১৩। মদু নত্তে, নখোইনা খনখি মদুদি (অল্লাহগী) পাও পুবা মী অমসুং (মহাক্কা লোয়নবা) থাজবশিং কদৌঙেদসু হল্লকলরোই মখোইগী মতু মচাশিংগী মনাক্তা, অমসুং (ফত্তবা রাখল) মদু ফজবগুম্না উখি নখোইগী নপুকনিংশিংদা, অমসুং নখোইনা খনখি ফত্ত-ফত্তবা রাখল, অমসুং নখোই ওইখি তামাঙবা খোঙফম্নরবা মীশিং।

وَمَن لَّمْ يُؤْمِن بِاللَّهِ وَرَسُولِهِ فَإِنَّا أَعْتَدْنَا لِلْكَافِرِينَ سَعِيرًا ﴿١٤﴾

১৪। অদুগা কনাগুম্বনা (নিংঙাই চাওদুনা) থাজদ্রবদি অল্লাহ অমসুং মহাক্কী পাও পুবা মীবু, ঐখোইনা তশেংবমক থৌরাং তৌবিখ্রে লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগীদমক ভুং-ভুং চাকপা খাম্বি মৈ অমা।

وَلِلّٰهِ مُلْكُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۗ يَغْفِرُ لِمَنْ يَّشَآءُ وَيُعَذِّبُ مَنْ يَّشَآءُ ۗ وَكَانَ اللّٰهُ غَفُوْرًا رَّحِيْمًا ﴿۱۴﴾

১৫। অদুগা অল্লাহগী শাসননি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদা। মহাকনা কোকপি মহাকনা চানবিবা (মতিকচাব)শিংবু অমসুং চৈরাক থাবি মহাকনা থাবিনীংবা (মতিক থোকপ)শিংবু। অদুগা অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

سَيَقُوْلُ الْمُخَلَّفُوْنَ اِذَا انْطَلَقْتُمْ اِلٰى مَغَانِمَ لِتَاْخُذُوْهَا ذَرُوْنَا نَتَّبِعْكُمْ ۚ يُرِيْدُوْنَ اَنْ يُّبَدِّلُوْا كَلٰمَ اللّٰهِ ۗ قُلْ لَّنْ تَتَّبِعُوْنَا كَذٰلِكُمْ قَالَ اللّٰهُ مِنْ قَبْلُ ۚ فَسَيَقُوْلُوْنَ بَلْ تَحْسُدُوْنَنَا ۗ بَلْ كَانُوْا لَا يَفْقَهُوْنَ اِلَّا قَلِيْلًا ﴿۱۵﴾

১৬। তুংদা লৈথহৌবশিংনা হায়গনি, নখোইনা চৎপদা লান্দা মুনহৌবা পোৎশিং লৌবগী, "ঐখোইসু চৎকে লোয়ননা নখোইগা।" মখোইনা হোৎনৈ হোংনবা অল্লাহগী ময়াথং। হায়য়ু (মখোইদা): "নখোই চৎপা য়ারোই ঐখোইগা লোয়ননা; অসুম্না অল্লাহনা হান্না তাকপিখ্রে।" মতমদুদা মখোইনা হায়গনি: "নত্তে, নখোইনা মিহৌ-করামই ঐখোইবু (শরুক য়ামিন্নবদা লান্দা ফাহৌবা পোৎশিংগী)।" মদু নত্তে, মখোইনা (মুন্না) খঙদে, হায়ফেত্তং নত্তনা।

قُلْ لِّلْمُخَلَّفِيْنَ مِنَ الْاَعْرَابِ سَتُدْعَوْنَ اِلٰى قَوْمٍ اُولِيْ بَاْسٍ شَدِيْدٍ تُقَاتِلُوْنَهُمْ اَوْ يُسْلِمُوْنَ ۚ فَاِنْ تُطِيْعُوْا يُؤْتِكُمُ اللّٰهُ اَجْرًا حَسَنًا ۚ وَاِنْ تَتَوَلَّوْا كَمَا تَوَلَّيْتُمْ مِّنْ قَبْلُ يُعَذِّبْكُمْ عَذَابًا اَلِيْمًا ﴿۱۶﴾

১৭। হায়য়ু অরবীশিং তুংদা লৈথহৌবদা: "নখোইবু থুনা কৌরগনি থেংননবা মথৌনা ফবা কাঙবু অমগা; নখোইনা লান শোক্লগদবনি মখোইনা চঙজদরিবা ফাওবা। মতাং অদুদা নখোইনা ইল্লবদি হুকুম, অল্লাহনা পীবিগনি নখোইবু অফবা মনা-মথিন, তৌইগুম্বসুং নখোইনা তুং হন্দোকলবদি, নখোইনা হান্না তুং হন্দোকখিবগুম, মহাকনা দণ্ড তৌবিগনি নখোইবু অৱাবগী মশক ওইবা চৈরাক থাবিদুনা।"

لَيْسَ عَلَى الْاَعْمٰى حَرَجٌ وَّلَا عَلَى الْاَعْرَجِ حَرَجٌ وَّلَا عَلَى الْمَرِيْضِ حَرَجٌ ۗ وَمَنْ يُّطِعِ اللّٰهَ وَرَسُوْلَهٗ يُدْخِلْهُ جَنّٰتٍ تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ ۚ وَمَنْ يَّتَوَلَّ يُعَذِّبْهُ عَذَابًا اَلِيْمًا ﴿۱۷﴾

১৮। দোশ লৈতে মমিৎ তাংবশিং, নত্তগা দোশ লৈতে মখোঙ নামা তেকপশিং, নত্তগা দোশ লৈতে অনাবশিং (লান চত্তদুনা ময়ুম-ময়ুমদা লৈহৌবদা)। অদুগা কনাগুম্বনা য়াথং ইল্লবদি অল্লাহগী অমসুং মহাক্কী পাও পুবা মীগী, মহাকনা চঙহনবিগনি মহাকপু স্বর্গ লৈকোনশিংদা মখা অদুদা তুরেলশিং (ঈপান চাওনা) ঈচেল্লি; তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা তুং হন্দোকলবদি, মহাকনা দণ্ড তৌবিগনি মহাকপু অৱাবগী মশক ওইবা চৈরাক থাবিদুনা।

৩ শুবা রুকূ

لَقَدْ رَضِيَ اللّٰهُ عَنِ الْمُؤْمِنِيْنَ اِذْ يُبَايِعُوْنَكَ تَحْتَ الشَّجَرَةِ فَعَلِمَ مَا فِيْ قُلُوْبِهِمْ فَاَنْزَلَ السَّكِيْنَةَ عَلَيْهِمْ وَاَثَابَهُمْ فَتْحًا قَرِيْبًا ⑱

১৮। তশেংবমক, অল্লাহনা পেনবিখি (ঋদি শেংবা) থাজবশিং মখোইনা হায়বা ইনবগী রাশকখিবদা নংঙোন্দা উপাস্বী মখাদা, মতমদুদা মহাকনা খঙবিখি (তশেং-তশেংবা পুকচেল) লৈখিবদু মখোইগী মথম্মোইনুংশিংদা, অমসুং মহাকনা থাবিখি অঙৈংবা মখোইগী মথক্তা অমসুং মহাকনা পীবিখি মখোইবু অথুবা জয় অমা ;

وَّمَغَانِمَ كَثِيْرَةً يَّاْخُذُوْنَهَا ۗ وَكَانَ اللّٰهُ عَزِيْزًا حَكِيْمًا ⑲

২০। অমসুং লানফা-পোৎ য়াম্না মখোই ফংগনি। অদুগা অল্লাহদি পাঙ্গলবনি, থ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَعَدَكُمُ اللّٰهُ مَغَانِمَ كَثِيْرَةً تَاْخُذُوْنَهَا فَعَجَّلَ لَكُمْ هٰذِهٖ وَكَفَّ اَيْدِيَ النَّاسِ عَنْكُمْ ۚ وَلِتَكُوْنَ اٰيَةً لِّلْمُؤْمِنِيْنَ وَيَهْدِيَكُمْ صِرَاطًا مُّسْتَقِيْمًا ⑳

২১। অদুগা অল্লাহনা রাশকপিখি নখোইদা লানফা-পোৎ য়াম্না মদু নখোইনা ফংগনি, অমসুং মহাকনা পীখি মসি নখোইদা মাংজৌননা, অমসুং থিংবিখি (য়েক্লবা) মীশিংগী মখুৎশিং মখোইদগী, অদুনা মসি ওইনবা খুদম অমা (লৈবাক জয় তৌবগী অমসুং মীগী পুকনিং জয় তৌবগী) থাজবশিংগীদমক, অমসুং মহাকনা লমজিংবিনবা নখোইবু অচুম্বা লম্বীদা।

وَّاُخْرٰى لَمْ تَقْدِرُوْا عَلَيْهَا قَدْ اَحَاطَ اللّٰهُ بِهَا ۗ وَكَانَ اللّٰهُ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيْرًا ㉑

২২। অদুগা (মহাকনা রাশকপিরি নখোইদা) অতোপ্পা (জয়শিং) মদু নখোইনা ফংদরি হৌজিক (ফাওবা), তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা কোয়শন্দুনা থমলি মদু। অল্লাহদি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

وَلَوْ قٰتَلَكُمُ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا لَوَلَّوُا الْاَدْبَارَ ثُمَّ لَا يَجِدُوْنَ وَلِيًّا وَّلَا نَصِيْرًا ㉒

২৩। অদুগা অচুম্বা থাজদবশিংনা লান থেংনরবদি নখোইগা, মখোই শোয়দনমক মতুং হন্দোক্কনি, অদুগী তুংদা মখোই ফংলরোই ঙাকপিনবা নত্তগা তেংবাংবিনবা কনামতা।

سُنَّةَ اللّٰهِ الَّتِيْ قَدْ خَلَتْ مِنْ قَبْلُ ۚ وَلَنْ تَجِدَ لِسُنَّةِ اللّٰهِ تَبْدِيْلًا ㉓

২৪। অসিগুম্বনি অল্লাহগী চৎনবী মমাংঙৈদগী তৌরকলিবা ; অমসুং নংনা কদৌঙৈদসু ফংলোই অওনবা অমতা অল্লাহগী চৎনবীদা।

২৫। অদুগা মহাকননি খাম্বিখিবা (ধর্ম্ম চত্তবশিং) মখোইগী মখুৎশিং নখোইদগী অমসুং নখোইগী নখুৎশিং মখোইদগী মক্কহ লৈকোয়বুংদা, মহাকনা জয় পীখ্রবা মতুংদা নখোইবু মখোইগী মথক্তা। অল্লাহনা য়েংলি নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

وَهُوَ الَّذِي كَفَّ أَيْدِيَهُمْ عَنكُمْ وَأَيْدِيَكُمْ عَنْهُم بِبَطْنِ مَكَّةَ مِن بَعْدِ أَنْ أَظْفَرَكُمْ عَلَيْهِمْ ۚ وَكَانَ اللَّهُ بِمَا تَعْمَلُونَ بَصِيرًا ﴿٢٥﴾

২৬। মখোইসি লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনি অমসুং মখোইনা থিংখি নখোইবু (দর্শন তৌবা) অশেংবা মসজিদদা অমসুং থিংখি কুরবানীশিং মাগী পংথুংফম য়ৌগাদবদগী। অদুগা করিগুম্বা নৎলমদ্রবদি মহাকথংদগী অচুম্বা থাজবা নিপাশিং অমসুং অচুম্বা থাজবী নুপীশিং (নাথুপননা লৈরম্বা য়ানশন্নদুনা ধর্ম্ম চত্তবশিংগা মক্কহ লৈময়োন্দা), মখোইবু মশক খঙখিদবদা, নখোই দোশ লৈরমগনি মখোই (বু মাঙহনব)গী মরমগীদমক, নখোইনা করিসু খঙদনা, (অল্লাহনা হুকুম তৌরমগনি নখোইবু লান তৌনবগী মখোইদা: তৌইগুম্বসুং মহাকনা লান থেংনহনবিখিদে অমসুং ঈ তাহনবিখিদে) অদুনা মহাকনা চঙহনবিনবা মহাক্কী থৌজালদা মহাকনা চানবিবা (মতিক চাবা)শিংবু। মখোইবু তোঙান্না খায়দোকলমলবদি (অচুম্বা থাজদব-শিংদগী) ঐখোইনা শোয়দনমক দণ্ডি তৌবিরম-গনি অচুম্বা থাজদবা মখোইদুবু অৱাবগী মশক ওইবা চৈরাক থাবিদুনা।

هُمُ الَّذِينَ كَفَرُوا وَصَدُّوكُمْ عَنِ الْمَسْجِدِ الْحَرَامِ وَالْهَدْيَ مَعْكُوفًا أَن يَبْلُغَ مَحِلَّهُ ۚ وَلَوْلَا رِجَالٌ مُّؤْمِنُونَ وَنِسَاءٌ مُّؤْمِنَاتٌ لَّمْ تَعْلَمُوهُمْ أَن تَطَئُوهُمْ فَتُصِيبَكُم مِّنْهُم مَّعَرَّةٌ بِغَيْرِ عِلْمٍ ۖ لِّيُدْخِلَ اللَّهُ فِي رَحْمَتِهِ مَن يَشَاءُ ۚ لَوْ تَزَيَّلُوا لَعَذَّبْنَا الَّذِينَ كَفَرُوا مِنْهُمْ عَذَابًا أَلِيمًا ﴿٢٦﴾

২৭। (নীংশিঙঙু) লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী মথম্মোইনুংশিংদা য়াতুংলিঙৈদা য়েংথীনা শাউবা, য়েংথীনা শাউবদু অপঙ-ঙাইওইনরিঙৈদা, অল্লাহনা থাবিখি মহাক্কী অঙৈংবা মহাক্কী ধর্ম্ম পাওতাকপা মীদা অমসুং অচুম্বা থাজবশিংদা অমসুং চেৎনা লেপহনবিখি মখোইবু পুণ্য লৈবগী নীতিদা অমসুং মখোই মদু ফংবগী হেন্না হক লৈখি অমসুং মতিকচাবা ওইখি মদুগী 'অদুগা অল্লাহদি মুন্না খঙবনি পোৎ পুম্নমক।

إِذْ جَعَلَ الَّذِينَ كَفَرُوا فِي قُلُوبِهِمُ الْحَمِيَّةَ حَمِيَّةَ الْجَاهِلِيَّةِ فَأَنزَلَ اللَّهُ سَكِينَتَهُ عَلَىٰ رَسُولِهِ وَعَلَى الْمُؤْمِنِينَ وَأَلْزَمَهُمْ كَلِمَةَ التَّقْوَىٰ وَكَانُوا أَحَقَّ بِهَا وَأَهْلَهَا ۚ وَكَانَ اللَّهُ بِكُلِّ شَيْءٍ عَلِيمًا ﴿٢٦﴾ ع

৪ শুবা রুকূ

২৮। তশেংবমক, অল্লাহনা থুংহনবিখ্রে মহাক্কী দুতকী মঙলান অদু অচুম্বগা লোয়ননা (অমসুং অসুম্না হায়বিখি ঃ) "শোয়দনমক নখোই (ইকুই-কুইদনা) চঙলগনি অশেংবা মসজিদদা,, অল্লাহনা চানবিরবদি, খুদোংথীবা লৈতনা, খরনা লূ কোকথোক্তুনা, অমসুং অতোপ্পনা শম তেন্না ককথত্তুনা, অকিবা করিসু লৈতনা (নখোইবু ওৎ-নৈবিগনি হায়বগী)।" মহাকনা খঙই নখোইনা খঙদবদু, মরমদুনা মহাকনা ময়াথং পীবিখ্রে নখোইগীদমক, হায়রিবসিদা নত্তনা অথুবা জয় অমা।

لَقَدْ صَدَقَ اللّٰهُ رَسُوْلَهُ الرُّءْيَا بِالْحَقِّ لَتَدْخُلُنَّ الْمَسْجِدَ الْحَرَامَ اِنْ شَآءَ اللّٰهُ اٰمِنِيْنَ مُحَلِّقِيْنَ رُءُوْسَكُمْ وَمُقَصِّرِيْنَ لَا تَخَافُوْنَ فَعَلِمَ مَا لَمْ تَعْلَمُوْا فَجَعَلَ مِنْ دُوْنِ ذٰلِكَ فَتْحًا قَرِيْبًا ۝٢٧

২৯। মহাকননি থাবিরকখিবা মহাক্কী পাও পুববু লোয়ননা লমজিং অসুং অচুম্বা ধর্ম্মগা, অদুনা মহাকনা মথক থোংহন্নবা মসিবু অতৈ অতোপ্পা ধর্ম্মশিংগী। অদুগা অল্লাহনা ওকলে সাক্ষী অমা ওইবদা (মসিগী)।

هُوَ الَّذِيْٓ اَرْسَلَ رَسُوْلَهُ بِالْهُدٰى وَدِيْنِ الْحَقِّ لِيُظْهِرَهُ عَلَى الدِّيْنِ كُلِّهٖ وَكَفٰى بِاللّٰهِ شَهِيْدًا ۝٢٨

৩০। মুহম্মদ অল্লাহগী ধর্ম্ম পাওতাকপা মীনি। অদুগা মহাক্কা লমলোই লেংতিন্নবশিংদো শাথী লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদা, নুংশিচাওবনি মখোই মশেলদা। নংনা উই মখোইবু মকোক নোনবা অমসুং খুরু খুদক কুনবা (ভক্তি-সাধন্দা), অল্লাহগী থৌজাল অমসুং য়াবিনবগী হায়জবদা। মখোইগী মার্কাদি মরায়বকশিংদা (মুনা) লৈবনি (তোয়না) সজদহ তৌবগী খুদমনি। মসি মখোইগী শুগায়বা রারোলনি তৌরাতদা (তাকলিবা) অমসুং মখোইগী শুগায়বা রারোলনি ইনজীলদা (তাকলিবা) — (মখোইগী মান্নবা মতৌদি) লৌবুক্তা হুল্লবা মরু ময়োন চোংবগুম্বনি, মথংদা মপাঙ্গল কনখৎলি মদু, অদুগী তুংদা মদু নোই-চাওরকই, অমসুং চেৎনা লেপই মাগী মউদা (লৈশাৎ তমদুনা মরাং কায়না মহৈ য়ান্নবগী), মদুনা নুংঙাইহল্লি লৌউবশিংবু—(অসিগুম্বনি শক্তম অচুম্বা মুসলিমশিংগী) অদুনা (অল্লাহ) মহাকনা পোকহন্নবা অশাউবা (অমসুং

مُحَمَّدٌ رَّسُوْلُ اللّٰهِ وَالَّذِيْنَ مَعَهٗٓ اَشِدَّآءُ عَلَى الْكُفَّارِ رُحَمَآءُ بَيْنَهُمْ تَرٰىهُمْ رُكَّعًا سُجَّدًا يَّبْتَغُوْنَ فَضْلًا مِّنَ اللّٰهِ وَرِضْوَانًا سِيْمَاهُمْ فِيْ وُجُوْهِهِمْ مِّنْ اَثَرِ السُّجُوْدِ ذٰلِكَ مَثَلُهُمْ فِي التَّوْرٰىةِ وَمَثَلُهُمْ فِي الْاِنْجِيْلِ كَزَرْعٍ اَخْرَجَ شَطْـَٔهٗ فَاٰزَرَهٗ فَاسْتَغْلَظَ فَاسْتَوٰى عَلٰى سُوْقِهٖ يُعْجِبُ الزُّرَّاعَ لِيَغِيْظَ بِهِمُ

الْكُفَّارَ ۗ وَعَدَ اللّٰهُ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ مِنْهُمْ مَّغْفِرَةً وَّاَجْرًا عَظِيْمًا ﴿۲۹﴾

নুংঙাইতবা) লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু (মশক উবদা) মখোইগী। অল্লাহনা ৱাশকপিখ্রে, মখোইগী মরক্তগী অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা থবককশিং লম্বীনবদা, ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা কোকপিবা অমসুং অচৌবা মনা-মথিন।



অল-হুজুরাত সূরহ ৪৯

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ১৯ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ﴿۱﴾

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

يٰۤاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا لَا تُقَدِّمُوْا بَيْنَ يَدَيِ اللّٰهِ وَرَسُوْلِهٖ وَاتَّقُوا اللّٰهَ ۗ اِنَّ اللّٰهَ سَمِيْعٌ عَلِيْمٌ ﴿۲﴾

২। হে অচুম্বা থাজবশিং ! নখোই তানগনু চীংথক থোংবা অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলগী (হুকুমদা), তৈইগুম্বসুং কিয়ু অল্লাহবু। তশেংবমক অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

يٰۤاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا لَا تَرْفَعُوْۤا اَصْوَاتَكُمْ فَوْقَ صَوْتِ النَّبِيِّ وَلَا تَجْهَرُوْا لَهٗ بِالْقَوْلِ كَجَهْرِ بَعْضِكُمْ لِبَعْضٍ اَنْ تَحْبَطَ اَعْمَالُكُمْ وَاَنْتُمْ لَا تَشْعُرُوْنَ ﴿۳﴾

৩। হে অচুম্বা থাজবশিং ! নখোই খোল হাইগৎকনু নবীগী খোল মথক্তা, নত্রগা লাউনা (অমদি ঙংনা) ৱা ঙাঙগনু মঙোন্দা, নখোই মশেলদা লাউনা ঙাঙবগুম, নত্রবদি মাঙখিগনি নখোইগী থবককশিং নখোইনা খঙহৌদবদা।

৪। তশেংবমক, অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা খোল নেম্না ঙাঙবদু অল্লাহগী দুতকী মমাংদা মখোইগী মথম্মোইশিং অল্লাহনা চেলহনবিখ্রে পুণ্য লৈবা শাজৎ। মখোই শরুক্কগনি (পাপ) কোকপিবা অমসুং অচৌবা মনা-মথিন।

اِنَّ الَّذِيْنَ يَغُضُّوْنَ اَصْوَاتَهُمْ عِنْدَ رَسُوْلِ اللّٰهِ اُولٰٓئِكَ الَّذِيْنَ امْتَحَنَ اللّٰهُ قُلُوْبَهُمْ لِلتَّقْوٰى ۗ لَهُمْ مَّغْفِرَةٌ وَّاَجْرٌ عَظِيْمٌ ﴿۴﴾

৫। অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা (খোঞ্জেল লাউনা) কৌবদু নংবু মপান্দগী নংগী প্রাইভেট কমরাশিংগী—মখোই অয়াম্বনা জ্ঞান য়াওদবনি (অমসুং থকশি খাশি নাইদবনি)।

اِنَّ الَّذِيْنَ يُنَادُوْنَكَ مِنْ وَّرَآءِ الْحُجُرٰتِ اَكْثَرُهُمْ لَا يَعْقِلُوْنَ ﴿۵﴾

৬। অদুগা মখোইনা খাংহৈনা ঙাইদুনা লৈরমলবদি নংনা মপান থোরক্কুনা লাক্তরিবা ফাওবা মখোইগী মনাক্তা, মখোইগী হেন্না ফবা ওইরমগনি। তৌইগুম্বসুং অল্লাহদি য়োনজ-কোকপি- হৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَلَوْ اَنَّهُمْ صَبَرُوْا حَتّٰى تَخْرُجَ اِلَيْهِمْ لَكَانَ خَيْرًا لَّهُمْ ۗ وَاللّٰهُ غَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ⑥

৭। হে অচুম্বা থাজবশিং! কনাগুম্বা ফত্তবা মী অমনা পুরকলবদি করিগুম্বা (অথুবা) পাও অমা, অচুম-চুমদা থিগৎলু মদু (তশেংবা খঙদোক্লবগী), নত্তবদি নখোইনা অমাঙবা থোকহনবসু য়াই (য়েক্লবা মপা চাদবা) মী কাঙলুপ অমবু খঙদবদা, অদুগী তুংদা আরাবা শরুক্লগনি নখোইনা (তফিং-তফিং) তৌখিবগীদমক।

يٰۤاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْۤا اِنْ جَآءَكُمْ فَاسِقٌۢ بِنَبَاٍ فَتَبَيَّنُوْۤا اَنْ تُصِيْبُوْا قَوْمًۢا بِجَهَالَةٍ فَتُصْبِحُوْا عَلٰى مَا فَعَلْتُمْ نٰدِمِيْنَ ⑦

৮। অদুগা খঙজু নখোইগী নরক্তা লৈ অল্লাহগী রসুল। মহাকনা করিগুম্বা য়ারমলবদি নখোইনা হায়বা অয়াম্বা থবক্তা, নখোই শোয়দনমক খুরো চেল্লমগনি (মহাকপু চিংশনবগী অরানবদা); তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা পামহনবিখি নখোইবু ধর্ম্মদা থাজবা অমসুং ফজবা ওইনা উহনবিখি মদু নখোইগী নথম্মোইনুংশিংদা, অমসুং মহাকনা শরুক্লহনবিখি তুক্কচবা নখোইদা (অচুম্বা) থাজদবা অমসুং লমচৎ নাইদবা অমসুং হায়বা ইন্দবা। মখোইসি অচুম্বা লমজিং ফংখ্রবাঙাকনি—

وَاعْلَمُوْۤا اَنَّ فِيْكُمْ رَسُوْلَ اللّٰهِ ۗ لَوْ يُطِيْعُكُمْ فِيْ كَثِيْرٍ مِّنَ الْاَمْرِ لَعَنِتُّمْ وَلٰكِنَّ اللّٰهَ حَبَّبَ اِلَيْكُمُ الْاِيْمَانَ وَزَيَّنَهٗ فِيْ قُلُوْبِكُمْ وَكَرَّهَ اِلَيْكُمُ الْكُفْرَ وَالْفُسُوْقَ وَالْعِصْيَانَ ۗ اُولٰٓئِكَ هُمُ الرّٰشِدُوْنَ ⑧

৯। (মসি) অল্লাহগী থৌজাল অমসুং চানবিবদগীনি। অদুগা অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

فَضْلًا مِّنَ اللّٰهِ وَنِعْمَةً ۗ وَاللّٰهُ عَلِيْمٌ حَكِيْمٌ ⑨

১০। অদুগা অচুম্বা থাজবশিংগী মরক্তা খুৎপু অনি লান শোক্লরবদি, তাইশন্নবা তৌ মখোইগী মরক্তা। অদুগী মতমদা (খুৎপু) অমনা হেনজিন্না থবক চংখ্রবদি অতোপ্পা অদুদা, (নখোই তাইশিন্নবগী থবক তৌরিবনা) থেংগায়নৌ কা হেনবা থবক তৌরিবা (খুৎপু) অদুগা মানা হল্লক্তরিবা ফাওবা অল্লাহগী রায়েলদা। মতমদুদা মানা হল্লকলবদি, তাইশিন্নবা তৌ মখোইগী মরক্তা

وَاِنْ طَآئِفَتٰنِ مِنَ الْمُؤْمِنِيْنَ اقْتَتَلُوْا فَاَصْلِحُوْا بَيْنَهُمَا ۚ فَاِنْۢ بَغَتْ اِحْدٰىهُمَا عَلَى الْاُخْرٰى فَقَاتِلُوا الَّتِيْ تَبْغِيْ حَتّٰى تَفِيْٓءَ اِلٰٓى اَمْرِ اللّٰهِ ۚ فَاِنْ فَآءَتْ فَاَصْلِحُوْا بَيْنَهُمَا بِالْعَدْلِ وَاَقْسِطُوْا ۗ اِنَّ اللّٰهَ

অচুম-অরান কায়দনা অমসুং চুম্না থবক চথৌ তশেংবমক, অল্লাহনা নুংশিবি অচুম্বা তৌবশিংবু।

يُحِبُّ الْمُقْسِطِينَ ١٠

১১। তশেংবমক অচুম্বা থাজবা (পুম্নমক) মচিন মনাওশিংনি। মরমদুনা (খুদক্তা) তাইশিন্নবা তৌ নচিন ননাওশিংগী মরক্তা অমসুং কিয়ু অল্লাহবু অদুনা থৌজাল তৌবিরক্নবা নখোইদা।

إِنَّمَا الْمُؤْمِنُونَ إِخْوَةٌ فَأَصْلِحُوا بَيْنَ أَخَوَيْكُمْ ۚ وَاتَّقُوا اللَّهَ لَعَلَّكُمْ تُرْحَمُونَ ١١

২শুবা রুকূ

১২। হে অচুম্বা থাজবশিং! কাঙলুপ অমনা নোক্নবা তৌগনু অতোপ্পা কাঙলুপ অমবু, করিনা হায়ববু মখোইনা হেন্না ফবসু য়াই (নোক্ন-চাওবশিং) মখোইদগী, নত্তগা নুপীশিংনা (নোক্নগনু) অতোপ্পা নুপীশিংবু, করিনা হায়ববু মখোইনা হেন্না ফবসু য়াই (নোক্নচাওবীশিং) মখোইদগী। অদুগা বদনাম তৌগনু নখোইগী মীশিংবু, নত্তগা কৌগনু অমনা অমবু করেম্নবা মিং হায়দুনা। ফত্তবা মিং কৌনবসি (তশেংবমক) অমাঙবনি অচুম্বা থাজত্রবা মতুংদা; অমসুং কনাগুম্বনা নুংনাংবা ফোংদোক্তরবদি (অল্লাহদা ওনশন্দুনা), মখোইসি ফত্তরম লম্বীনবশিংনি।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا لَا يَسْخَرْ قَوْمٌ مِنْ قَوْمٍ عَسَىٰ أَنْ يَكُونُوا خَيْرًا مِنْهُمْ وَلَا نِسَاءٌ مِنْ نِسَاءٍ عَسَىٰ أَنْ يَكُنَّ خَيْرًا مِنْهُنَّ ۖ وَلَا تَلْمِزُوا أَنْفُسَكُمْ وَلَا تَنَابَزُوا بِالْأَلْقَابِ ۖ بِئْسَ الِاسْمُ الْفُسُوقُ بَعْدَ الْإِيمَانِ ۚ وَمَنْ لَمْ يَتُبْ فَأُولَٰئِكَ هُمُ الظَّالِمُونَ ١٢

১৩। হে অচুম্বা থাজবশিং! থাদোকও চিংনবা অয়াম্বা (মুসলিম ভাইশিংবু), মরমদি চিংনবা (মওং) খরদি পাপনি। অদুগা পাওরুম্বা তৌগনু, নত্তগা অমনা অমগী মীরা ঙাঙগনু। নখোই কনাগুম্বনা চানীংব্রা শদোং নহাক্কী শিরবা নচিন ননাওগী? তশেংবমক নখোইনা তুক্কচগনি মদু। অল্লাহবু কিয়ু, থাঙ্গৈমকশেংনা অল্লাহদি য়াম্না চানবিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا اجْتَنِبُوا كَثِيرًا مِنَ الظَّنِّ إِنَّ بَعْضَ الظَّنِّ إِثْمٌ ۖ وَلَا تَجَسَّسُوا وَلَا يَغْتَبْ بَعْضُكُمْ بَعْضًا ۚ أَيُحِبُّ أَحَدُكُمْ أَنْ يَأْكُلَ لَحْمَ أَخِيهِ مَيْتًا فَكَرِهْتُمُوهُ ۚ وَاتَّقُوا اللَّهَ ۚ إِنَّ اللَّهَ تَوَّابٌ رَحِيمٌ ١٣

১৪। হে মীওইবশিং! ঐখোইনা শেম-শাবিখি নখোইবু নিপা অমা অমসুং নুপী অমদগী (মতু মরা ওইনা যুম্বান্নহন্দুনা); অমসুং ঐখোইনা খায়দোকপিখি নখোইবু জাতিশিং অমসুং

يَا أَيُّهَا النَّاسُ إِنَّا خَلَقْنَاكُمْ مِنْ ذَكَرٍ وَأُنْثَىٰ وَجَعَلْنَاكُمْ شُعُوبًا وَقَبَائِلَ لِتَعَارَفُوا ۚ إِنَّ

أَكْرَمَكُمْ عِندَ اللَّهِ أَتْقَاكُمْ ۚ إِنَّ اللَّهَ عَلِيمٌ خَبِيرٌ ﴿١٣﴾

কাঙলুপশিং থোক্লা অদুনা নখোই অমগা অমগা শকখঙ-মায়খঙননবগী (অমসুং লৈমিন্ননবগী নচিন ননাওশিং ওইনা)। তশেংবমক, নখোইগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না ঈকাইখুম্মনঙাই মশক ওইবদি, অল্লাহগী মিৎয়েংদা, ধর্ম্মদা মায় ওনশনববুনি নখোইগী মরক্তা। থাজৈশেংবমক, অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, খবররালানি।

قَالَتِ الْأَعْرَابُ آمَنَّا ۖ قُل لَّمْ تُؤْمِنُوا وَلَٰكِن قُولُوا أَسْلَمْنَا وَلَمَّا يَدْخُلِ الْإِيمَانُ فِي قُلُوبِكُمْ ۖ وَإِن تُطِيعُوا اللَّهَ وَرَسُولَهُ لَا يَلِتْكُم مِّنْ أَعْمَالِكُمْ شَيْئًا ۚ إِنَّ اللَّهَ غَفُورٌ رَّحِيمٌ ﴿١٤﴾

১৫। অরবী (বেদুইন)শিংনা হায়ঃ "ঐখোই অচুম্বা থাজরে।" হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "নখোই চপচানা থাজদরিঃ" তৌইগুম্বসুং হায়য়ুঃ "ঐখোই য়াজরে ইসলাম," মরমদি অচুম্বা থাজবা হায়বদু হৌজিক ফাওবা চঙদরি নখোইগী নথম্মোইনুংশিংদা।" তৌইগুম্বসুং নখোইনা য়াথং ইল্লবদি অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলগী, মহাকনা করিমতা হন্হহনবিরোই নখোইগী থবকশিংগী তৌজ মতিকমল তশেংবমক, অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

إِنَّمَا الْمُؤْمِنُونَ الَّذِينَ آمَنُوا بِاللَّهِ وَرَسُولِهِ ثُمَّ لَمْ يَرْتَابُوا وَجَاهَدُوا بِأَمْوَالِهِمْ وَأَنفُسِهِمْ فِي سَبِيلِ اللَّهِ ۚ أُولَٰئِكَ هُمُ الصَّادِقُونَ ﴿١٥﴾

১৬। অচুম্বা থাজবশিংদি তশেংনমক মখোইদুনি মখোইনা থাজে অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুলবু, অমসুং অদুগী তুংদা চিংনবা করিসু লৈতে, তৌইগুম্বসুং কন্না হোৎনৈ মখোইগী মরন-মথুম অমসুং মথৱাইশিংগী লোয়ননা অল্লাহগী লম্বীদা। মখোইসি অচুম্বা শকপান্নবশিংনি।

قُلْ أَتُعَلِّمُونَ اللَّهَ بِدِينِكُمْ وَاللَّهُ يَعْلَمُ مَا فِي السَّمَاوَاتِ وَمَا فِي الْأَرْضِ ۚ وَاللَّهُ بِكُلِّ شَيْءٍ عَلِيمٌ ﴿١٦﴾

১৭। হায়য়ু (মখোইদা): "নখোইনা খঙহনগদ্রা অল্লাহবু নখোইগী ধর্ম্ম, অল্লাহনা ইখঙ-খঙলগা স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদা লৈবাপুম্বা? অদুগা অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক খঙবনি।"

يَمُنُّونَ عَلَيْكَ أَنْ أَسْلَمُوا ۖ قُل لَّا تَمُنُّوا عَلَيَّ إِسْلَامَكُم ۖ بَلِ اللَّهُ يَمُنُّ عَلَيْكُمْ أَنْ هَدَاكُمْ لِلْإِيمَانِ إِن كُنتُمْ صَادِقِينَ ﴿١٧﴾

১৮। মখোইনা খল্লি মখোইনা চানবিখ্রে নংবু মখোইনা য়াখিবনা ইসলাম। হায়য়ু (মখোইদা): "খনগনু নখোইনা য়াখিবনা ইসলাম চানবিখ্রে ঐবু। মদুগী পুমওন-ওন্নবদা, অল্লাহনা চানবিখ্রে নখোইবু লমজিংবিদুনা (অচুম্বা) ধর্ম্মদা, নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।"

১৯। তশেংবমক, অল্লাহনা খঙই অরোনবশিং স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী। অদুগা অল্লাহনা ইউ-উই নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

إِنَّ اللَّهَ يَعْلَمُ غَيْبَ السَّمَٰوَٰتِ وَالْأَرْضِ ۚ وَاللَّهُ بَصِيرٌ بِمَا تَعْمَلُونَ ⑱



কাফ সূরহ ৫০

(হিজরি মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৪৬নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ①

২। শক্তি লৈবা মপু (কাদির)। কসমনি অথেহিবা কুরআনগী (নং থাঙ্গৈশেংবা রসুলনি অল্লাহগী)

قٓ ۚ وَالْقُرْآنِ الْمَجِيدِ ②

৩। তৌইগুম্বসুং মখোইনা অঙকপা চল্লি মদুদি চেকশন-রা-হায়বা অমা লাকখ্রে মখোইদা মখোইগী মরক্তগী। মরমদুনা লমফৈ-খোঙফম্ন-বশিংনা হায়: "মসি অঙকপা পোৎ অমনি!"

بَلْ عَجِبُوا أَنْ جَاءَهُمْ مُنْذِرٌ مِنْهُمْ فَقَالَ الْكَافِرُونَ هَٰذَا شَيْءٌ عَجِيبٌ ③

৪। করি! (ঐখোইবু অমুক হিংগৎহনবিগ-দৌরিব্রা) ঐখোইনা শিখ্রবা মতুংদা অমসুং লৈবাক ওনখ্রবদা ? মদুগী মহন্দু লাপখ্রবনি (ওইবা য়াদনা ৱাখলদগী)।

أَإِذَا مِتْنَا وَكُنَّا تُرَابًا ۖ ذَٰلِكَ رَجْعٌ بَعِيدٌ ④

৫। ঐখোইনা তশেংনা খঙই মখোই কয়া য়াম্না পৃথিবীনা (য়োৎশন-য়োৎশন্দুনা) মাঙহনখিবা অমসুং ঐখোইগী ইনাক্তা লৈ কিতাব অমা মদুদা (ইদুনা) থমলি (থবক পুম্নমক মীনা তৌখিবা মপুন্সিদা)।

قَدْ عَلِمْنَا مَا تَنْقُصُ الْأَرْضُ مِنْهُمْ ۖ وَعِنْدَنَا كِتَابٌ حَفِيظٌ ⑤

৬। নত্তে, মখোইনা য়াখিদে অচুম্বা (ধর্ম্ম পাওজেন) মদু লাকখিবদা মখোইদা, মরমদুনা মখোই (হৌজিক) লৈরে চমম্নবা ফিবমদা।

بَلْ كَذَّبُوا بِالْحَقِّ لَمَّا جَاءَهُمْ فَهُمْ فِي أَمْرٍ مَرِيجٍ ⑥

أَفَلَمْ يَنظُرُوٓا إِلَى السَّمَآءِ فَوْقَهُمْ كَيْفَ بَنَيْنَٰهَا وَزَيَّنَّٰهَا وَمَا لَهَا مِن فُرُوجٍ ۝٧

৭। মখোইনা য়েংদব্রা অতিয়া মখোইগী মথক্তা লৈবদা (অমসুং খন্দব্রা) ঐখোইনা করম তৌনা শেম-শাখিবা অমসুং লৈতেংখিবা মসিবু, অমসুং অহো-অরাং অমতা লৈতনা মদুগী মনুংদা ?

وَالْأَرْضَ مَدَدْنَٰهَا وَأَلْقَيْنَا فِيهَا رَوَٰسِىَ وَأَنۢبَتْنَا فِيهَا مِن كُلِّ زَوْجٍۭ بَهِيجٍ ۝٨

৮। অদুগা পৃথিবীসে—ঐখোইনা শন্দোকপিখি (পাক্না চাওনা), অমসুং থম্বিখি মদুগী মনুংদা (অচেৎপা অমসুং অৱাংবা) চীংজাওশিং, অমসুং ঐখোইনা হৌহনবিখি মদুগী মনুংদা ফজবা (অমসুং শুমহৎনিঙঙাই ওইবা) মখল খুদিং (গী পোৎশিং),

تَبْصِرَةً وَذِكْرَىٰ لِكُلِّ عَبْدٍ مُّنِيبٍ ۝٩

৯। (অঙকপা ফংনা নীংথিজব্রবা খুৎশেম অসিনা) ওইনবা জ্ঞান তাহনবগী অমসুং নীংশিঙহল্লিবা পোৎ (অল্লাহদা) মপুকচেন হোংবা মনাই খুদিংদা।

وَنَزَّلْنَا مِنَ السَّمَآءِ مَآءً مُّبَٰرَكًا فَأَنۢبَتْنَا بِهِۦ جَنَّٰتٍ وَحَبَّ الْحَصِيدِ ۝١٠

১০। অদুগা ঐখোইনা তাহল্লি কোরৌ নোংমদোলদগী য়াইফখোল লৈবা নোং-ঈশিং, মদুগী মতেংনা ঐখোইনা হৌহল্লি (গে-গে লাউবা) হৈকোন-লৈকোনশিং অমসুং মহৈ-মরোংশিং খাউবা য়াবা,

وَالنَّخْلَ بَاسِقَٰتٍ لَّهَا طَلْعٌ نَّضِيدٌ ۝١١

১১। অমসুং অৱাং-অৱাংবা খজুর পাম্বীশিং পরেং শানা লৈ শাৎপা মরোন-মরোন লোনখত্তুনা,

رِّزْقًا لِّلْعِبَادِ وَأَحْيَيْنَا بِهِۦ بَلْدَةً مَّيْتًا كَذَٰلِكَ الْخُرُوجُ ۝١٢

১২। (পুম্নমকসি) চিঞ্জাকনি ঐখোইগী ইনাই-শিংগী, অমসুং ঐখোইনা হিংগৎহল্লি মদুগী মতেংনা শিরমলবা লম অমবু। অসুম্না (অশিবশিং মোংফমশিংদগী) হৌগৎলক্কনি।

كَذَّبَتْ قَبْلَهُمْ قَوْمُ نُوحٍ وَأَصْحَٰبُ الرَّسِّ وَثَمُودُ ۝١٣

১৩। মখোইগী মমাং (কয়া)দা নুহগী মীশিংনা য়াখিদে (অচুম্বা পাওজেনশিং) অমসুং অসুম্না তৌখি 'অল-রস' (গুহা)গী মীশিংসু অমসুং সমূদ (কাঙলুপ)সু,

وَعَادٌ وَفِرْعَوْنُ وَإِخْوَٰنُ لُوطٍ ۝١٤

১৪। অমসুং আদ (কাঙলুপ) অমসুং ফিরঔন (কাঙলুপ) অমসুং লুতকী মচিন মনাওশিং,

১৫। অমসুং উমংগী মীশিং অমসুং তুবব'অগী মীশিং। মখোই পুম্নমক্না য়াথিদে (অল্লাহগী) ধর্ম্ম পাওতাকপশিংবু (মতাৎ তৌবশিংনি হায়-জিন্দুনা), মরমদুনা ঐগী রাশকপিখিবা রায়েল-চৈরাক থোকখি (মখোইদা)।

وَّ اَصۡحٰبُ الۡاَیۡکَۃِ وَ قَوۡمُ تُبَّعٍ ؕ کُلٌّ کَذَّبَ الرُّسُلَ فَحَقَّ وَعِیۡدِ ﴿۱۴﴾

১৬। করি! অহানবা (তাইবঙ মীগী) খুৎশেমনা ঐখোইবু চোকথহনখ্রবোই (নীংলুরব্রা)? নত্তে, মখোই চমম্নরি অনৌবা খুৎশেমগী মরমদা।

اَفَعَیِیۡنَا بِالۡخَلۡقِ الۡاَوَّلِ ؕ بَلۡ هُمۡ فِیۡ لَبۡسٍ مِّنۡ خَلۡقٍ جَدِیۡدٍ ﴿۱۵﴾

২ শুবা রুকূ

১৭। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা শেম-শাখি তাইবঙ মীবু অমসুং ঐখোইনা (শোয়দনমক) খঙই মহাক্কী থরাইনা থৌজিনবদু মঙোন্দা, অমসুং ঐখোই হেন্না নকশিন্না লৈ মঙোন্দা (মহাক্কী) ঙকশমগী নত্ত্রগা থৌরীগী ঈ পুবা শিংলিদগী।

وَ لَقَدۡ خَلَقۡنَا الۡاِنۡسَانَ وَ نَعۡلَمُ مَا تُوَسۡوِسُ بِهٖ نَفۡسُهٗ ۚۖ وَ نَحۡنُ اَقۡرَبُ اِلَیۡهِ مِنۡ حَبۡلِ الۡوَرِیۡدِ ﴿۱۶﴾

১৮। য়েংউ! (মীনা তৌবা থবকশিং) ইশিন্দুনা থম্বা স্বর্গ দুত (চিত্রগুপ্ত) অনিনা ইশিনবদা (থবক খুদিংমক), অমনা (মহাক্কী) য়েৎথংবা (লেংবান)দা অমসুং অতোপ্পনা ওইথংবদা ফমদুনা,

اِذۡ یَتَلَقَّی الۡمُتَلَقِّیٰنِ عَنِ الۡیَمِیۡنِ وَ عَنِ الشِّمَالِ قَعِیۡدٌ ﴿۱۷﴾

১৯। মহাকনা ঙাঙদে রা অমতা, তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মনাক্তা লৈ চেকশিন্না য়েংবা অমা (টেপ রিকোর্ডর গুম্বা) শেম-শাদুনা (ইশিনগদৌবগী মহাকনা ঙাঙ-শকপাপুম্বা)।

مَا یَلۡفِظُ مِنۡ قَوۡلٍ اِلَّا لَدَیۡهِ رَقِیۡبٌ عَتِیۡدٌ ﴿۱۸﴾

২০। অদুগা শিরমদাইগী বুদ্ধি মাঙবা তশেংনা লাক্লবদা (মঙোন্দা, অসি হায়বিগনি ঃ) "মসি নংনা নাথোকনবা হোৎনরমবা অদুনি।"

وَ جَآءَتۡ سَکۡرَۃُ الۡمَوۡتِ بِالۡحَقِّ ؕ ذٰلِکَ مَا کُنۡتَ مِنۡهُ تَحِیۡدُ ﴿۱۹﴾

২১। অদুগা পেরে শিঙ্গা খোংলক্কনি। মসি (রায়েল বিচারগী) রাশকপিখিবা নুমিৎনি।

وَ نُفِخَ فِی الصُّوۡرِ ؕ ذٰلِکَ یَوۡمُ الۡوَعِیۡدِ ﴿۲۰﴾

২২। অদুগা থরাই খুদিংমক লাক্কনি (অল্লাহগী রায়েলশঙদা) লোয়ননা (স্বর্গ দুত অমগা) হোইনবা (মাবু) অমসুং (অতোপ্পা স্বর্গ দুত অমগা) সাক্ষী পীনবা (মহাকনা তৌরম্বা থবকশিংগী)।

وَ جَآءَتۡ کُلُّ نَفۡسٍ مَّعَهَا سَآئِقٌ وَّ شَهِیۡدٌ ﴿۲۱﴾

لَقَدْ كُنْتَ فِي غَفْلَةٍ مِّنْ هٰذَا فَكَشَفْنَا عَنْكَ غِطَاءَكَ فَبَصَرُكَ الْيَوْمَ حَدِيدٌ ﴿٢٢﴾

২৩। (মতমদুদা ঐখোইনা হায়বিগনি অচুম্বা থাজরমদবা অমদা ঃ) "নং তশেংবমক থৌওই-রমদে (নুমিৎ) অসিগী মরমদা ; হৌজিক ঐখোইনা লৌথোকপিখ্রে নংঙোন্দগী নংগী পর্দা (নমিৎশিং কুপশল্লম্বদু), অদুনা নংগী মিৎকী য়েংনবা পাঙ্গল থৌরগনি ঙসিদি।"

وَقَالَ قَرِينُهُ هٰذَا مَا لَدَيَّ عَتِيدٌ ﴿٢٣﴾

২৪। অদুগা মহাক্কী লোয়নবা মরূপ (স্বর্গ দুত)না হায়গনি ঃ "(নংগী অফ-ফত্তবশিং ইশনবা রিকোর্ড) অসি ঐনা তৈয়ার তৌদুনা থম্বনি।"

أَلْقِيَا فِي جَهَنَّمَ كُلَّ كَفَّارٍ عَنِيدٍ ﴿٢٤﴾

২৫। (অল্লাহনা হুকুম তৌবিগনি ঃ) হুনজল্লু নখোই অনিনা নরক-কোমদা তৌবিমল খঙদবা (অচুম্বগী) য়েক্কবা খুদিং,

مَنَّاعٍ لِّلْخَيْرِ مُعْتَدٍ مُّرِيبٍ ﴿٢٥﴾

২৬। অফবা (তৌবদা) থিংলম্বা (খুদিং), লমকেৎ-লমহাইরম্বা (খুদিং অমসুং), চিংনবা শরুক্লরম্বা (খুদিং অচুম্বা ধর্ম্মবু)—

الَّذِي جَعَلَ مَعَ اللّٰهِ إِلٰهًا آخَرَ فَأَلْقِيَاهُ فِي الْعَذَابِ الشَّدِيدِ ﴿٢٦﴾

২৭। মহাকনা পুথোকলম্মী অতোপ্পা খোয়ম লাই অল্লাহ নত্তবা। মরমদুনা নখোই অনিনা হুনজল্লু মহাকপু শাথীবা অরাফমদা।

قَالَ قَرِينُهُ رَبَّنَا مَا أَطْغَيْتُهُ وَلٰكِنْ كَانَ فِي ضَلَالٍ بَعِيدٍ ﴿٢٧﴾

২৮। মহাক্কী লোয়নবা মরূপ (শৈতান) না হায়গনি ঃ "ঐখোইগী মপুও ! ঐনা ওইহনজখিবা নত্তে মহাকপু লালহৌবা, তৌইংগুম্বসুং মহাক (মশামক্লা) থোইনমক লম্মুক্লজখিবনি।"

قَالَ لَا تَخْتَصِمُوا لَدَيَّ وَقَدْ قَدَّمْتُ إِلَيْكُمْ بِالْوَعِيدِ ﴿٢٨﴾

২৯। (অল্লাহনা) হায়বিগনি ঃ "চীন্দান পাওদাম্নগনু ঐগী ইমাংদা, ঐনা তশেংবা তাকপিখ্রে চেকশন-রা নখোইদা হান্ননা।

مَا يُبَدَّلُ الْقَوْلُ لَدَيَّ وَمَا أَنَا بِظَلَّامٍ لِّلْعَبِيدِ ﴿٢٩﴾

৩০। "ঐগী দগ্তি পীবগী ইয়াথং ওনবা য়াদে, নত্তগা ঐনা চুমদবা ইতৌ-তৌবিদে ইনাইশিংদা।"

৩ শুবা রুকূ

يَوْمَ نَقُولُ لِجَهَنَّمَ هَلِ امْتَلَأْتِ وَتَقُولُ هَلْ مِنْ مَّزِيدٍ ﴿٣٠﴾

৩১। নুমিৎ অদুদা ঐখোইনা হংবিগনি যম লৈবাক্তা ঃ "নংবু থল্লব্রা" ? অমসুং মানা পাওখুমগনি ঃ "অহেনবা খরা লৈরিব্রা ?"

وَأُزْلِفَتِ الْجَنَّةُ لِلْمُتَّقِينَ غَيْرَ بَعِيدٍ ﴿٣١﴾

৩২। অদুগা স্বর্গ লৈকোন নকশনহনবিগনি ধর্ম্ম ফম্বৈনবশিংগী মনাক্তা, (মদু) করিসু লাপলোই।

هَٰذَا مَا تُوعَدُونَ لِكُلِّ أَوَّابٍ حَفِيظٍ ﴿٣٢﴾

৩৩। (অসি হায়বিগনি মখোইদা ঃ) "মসি রাশকপিখিবা অদুনি নখোইদা ঃ মতমপুম্বদা (অল্লাহদা) মপুকনিং ওনশনজখিবা অমসুং (মহাক্কী ময়াথং) ঙাকচখিবা খুদিংদা ;

مَّنْ خَشِيَ الرَّحْمَٰنَ بِالْغَيْبِ وَجَاءَ بِقَلْبٍ مُّنِيبٍ ﴿٣٣﴾

৩৪। "মহাকনা কিজরম্মী থৌজালবিহৈবা (অল্লাহ)বু অরোনবদা অমসুং লাকখি (পাপকী) নীঙঙমদবা থম্মোইগা লোয়ননা।

ادْخُلُوهَا بِسَلَامٍ ۖ ذَٰلِكَ يَوْمُ الْخُلُودِ ﴿٣٤﴾

৩৫। "(হৌজিক) চঙলো নখোই মসিগী মনুংদা অঙ্গংবগা লোয়ননা। ঙসি নুমিৎসে লোম্বা লৈতবনি।"

لَهُم مَّا يَشَاءُونَ فِيهَا وَلَدَيْنَا مَزِيدٌ ﴿٣٥﴾

৩৬। মখোই ফংগনি মদুগী মনুংদা মখোইনা অপাম্বতা, অমসুং (মখোইনা পাম্বদগী) অহেনবা য়াম্না (ফবা অমসুং নুংঙাইবা) লৈ ঐখোইগী ইনাক্তা।

وَكَمْ أَهْلَكْنَا قَبْلَهُم مِّن قَرْنٍ هُمْ أَشَدُّ مِنْهُم بَطْشًا فَنَقَّبُوا فِي الْبِلَادِ هَلْ مِن مَّحِيصٍ ﴿٣٦﴾

৩৭। অদুগা মীরোন কয়া য়াম্না মখোই অসিদগী হেন্না পাঙ্গলবশিং ঐখোইনা মাঙহনবিখ্রবা মখোইগী মমাংদা! মখোইনা কোয়চৎ-চৎখি (পৃথিবীগী অতোপ্পা) লমশিংদা (নাপ্থোকনবগী দণ্ডিদগী)। চঙজফম করিগুম্বা লৈখিব্রা (মখোইগী)?

إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَذِكْرَىٰ لِمَن كَانَ لَهُ قَلْبٌ أَوْ أَلْقَى السَّمْعَ وَهُوَ شَهِيدٌ ﴿٣٧﴾

৩৮। তশেংবমক মসিদা লৈরে নীংশিঙহন্নবা রা অমা মথম্মোই পানবা মীগী, নত্রগা মনাকোং থিংজিন্না তাবগী অমসুং মপুকনিং চঙবগী।

وَلَقَدْ خَلَقْنَا السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضَ وَمَا بَيْنَهُمَا فِي سِتَّةِ أَيَّامٍ وَمَا مَسَّنَا مِن لُّغُوبٍ ﴿٣٨﴾

৩৯। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা শেম-শাখি স্বর্গ অমসুং পৃথিবী অমসুং অনিগী মরক্তা লৈবা পুম্নমকবু (তোঙান-তোঙানবা) মতম তরুকদা, অমসুং ঐখোই অরাবা করিসু লৈখিদে।

فَاصْبِرْ عَلَىٰ مَا يَقُولُونَ وَسَبِّحْ بِحَمْدِ رَبِّكَ قَبْلَ

৪০। মরমদুনা নং খাংবা কম্লু (ধর্ম্ম চত্তবশিং) মখোইনা ঙাঙ-শকপদা (নংগী নরালতা থিদুনা)

طُلُوۡعِ الشَّمۡسِ وَقَبۡلَ الۡغُرُوۡبِ ﴿۳۹﴾

অমসুং শৈশক শকউ নংগী মপুগী মতিক মঙাল থাগৎপগী, নুমিৎ থোক্তুরিঙৈ মমাংদা অমসুং নুমিৎ তাদরিঙৈ মমাংদা ;

وَمِنَ الَّیۡلِ فَسَبِّحۡهُ وَاَدۡبَارَ السُّجُوۡدِ ﴿۴۰﴾

৪১। অমসুং অহিংগী মতমদসু মহাকপু থাগৎপগী শৈশক শকউ, অমসুং (য়াথংনখিবা) সজদহ-শিংগী মতুংদসু (মদুম্না তৌ)।

وَاسۡتَمِعۡ یَوۡمَ یُنَادِ الۡمُنَادِ مِنۡ مَّکَانٍ قَرِیۡبٍ ﴿۴۱﴾

৪২। অদুগা তাও! নুমিৎ অমদা পাওজেনবনা কৌরক্কনি অনকপা মফমদগী,

یَّوۡمَ یَسۡمَعُوۡنَ الصَّیۡحَۃَ بِالۡحَقِّ ؕ ذٰلِکَ یَوۡمُ الۡخُرُوۡجِ ﴿۴۲﴾

৪৩। নুমিৎ অদুদা মখোইনা তাগনি দ্রং-দ্রং লাউবা মখোলদু তশেংনা। মদু নুমিৎনে থোরকপগী (অশিবশিং কবরশিংদগী)।

اِنَّا نَحۡنُ نُحۡیٖ وَنُمِیۡتُ وَاِلَیۡنَا الۡمَصِیۡرُ ﴿۴۳﴾

৪৪। তশেংবমক, ঐখোইননি হিংহল্লিবা অমসুং শিহল্লিবা, অমসুং ঐখোইদনি অরোয়বা হল্লকদবা।

یَوۡمَ تَشَقَّقُ الۡاَرۡضُ عَنۡهُمۡ سِرَاعًا ؕ ذٰلِکَ حَشۡرٌ عَلَیۡنَا یَسِیۡرٌ ﴿۴۴﴾

৪৫। নুমিৎ অদুদা পৃথিবীনা মচেৎ-মচেৎ তানা চেকখায়রবদা মখোইগী মথক্তগী, তফিং-তফিংনা (মখোই থোরক্কনি)। মসি পুল্লপ্না খোমজনবনি-তরায়বনি ঐখোইগীদমক্তা।

نَحۡنُ اَعۡلَمُ بِمَا یَقُوۡلُوۡنَ وَمَاۤ اَنۡتَ عَلَیۡهِمۡ بِجَبَّارٍ ۟ فَذَکِّرۡ بِالۡقُرۡاٰنِ مَنۡ یَّخَافُ وَعِیۡدِ ﴿۴۵﴾ ع

৪৬। ঐখোইনা মুপ্না খঙই মখোইনা করি হায়বা, অমসুং নং (বু হাপখিবা) নত্তে নমফু তৌনবা মখোইবু। মরমদুনা নীংশিঙঙু, কুরআনগী মতেংনা, মহাকপু—মহাকনা কিজবা ঐগী চেকশনহন্নবগী-দমক তৌবা পাওমেনবু।

# سُورَةُ الذّٰرِيٰتِ مَكِّيَّةٌ

(٥١)

অল-জারিয়াত সূরহ ৫১

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৬১ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالذّٰرِيٰتِ ذَرْوًا ②

২। কসমনি মালংবনা চাইথোকপগী (মরু-মরাংশিং চুম্না) তোখায়-তোখায় তাহন্দুনা,

فَالْحٰمِلٰتِ وِقْرًا ③

৩। অমসুং (মংলিবা নোংনা) পুবগী পোৎলুম (লৈনিনগী),

فَالْجٰرِيٰتِ يُسْرًا ④

৪। অমসুং (তুরেলশিংনা) মনিল নাইদনা চেনবগী,

فَالْمُقَسِّمٰتِ اَمْرًا ⑤

৫। অমসুং (স্বর্গ দূতশিংনা) শীনবা অমসুং পাংথোকপগী থবকশিং,

اِنَّمَا تُوْعَدُوْنَ لَصَادِقٌ ⑥

৬। তশেংবমক, নখোইদা রাশকপিখিবদু অচুম্বনি,

وَّاِنَّ الدِّيْنَ لَوَاقِعٌ ⑦

৭। অমসুং রায়েল বিচার শোয়দনমক লাক্কনি।

وَالسَّمَآءِ ذَاتِ الْحُبُكِ ⑧

৮। অদুগা কসমনি (নুমিৎ, থা অমসুং গ্রহনচিংবগী) লম্বেলশিংনা পিক থল্লবা স্বর্গগী,

اِنَّكُمْ لَفِيْ قَوْلٍ مُّخْتَلِفٍ ⑨

৯। তশেংবমক নখোই তোঙান-তোঙানবা মতনি (অচুম্বগী মরমদা),

يُّؤْفَكُ عَنْهُ مَنْ اُفِكَ ⑩

১০। (হায়ন-তানবা য়াদবা) মহাক্না নাথোকই (অচুম্বদগী) মহাক মশানা নাথোকনীংদুনা।

قُتِلَ الْخَرّٰصُوْنَ ⑪

১১। সিরাপ ফংলসনু লৌশিং মীনম লাংথাকপশিং!

الَّذِيْنَ هُمْ فِيْ غَمْرَةٍ سَاهُوْنَ ⑫

১২। মখোই থৌওই-রাওইদে খঙদবগী ঈরোম্নুংদা (লৈওন্দুনা),

يَسْـَٔلُوْنَ اَيَّانَ يَوْمُ الدِّيْنِ ⑬

১৩। মখোইনা হংলিঃ "রায়েল বিচারগী নুমিৎ করম্বা মতমদা (লাক্কনি)?

يَوْمَ هُمْ عَلَى النَّارِ يُفْتَنُوْنَ ⑭

১৪। নুমিৎ অদু (শোয়দনমক লাক্কনি) মদুদা মখোইবু য়াইবিগনি (নরক্কী) খাম্বি মৈদা।

১৫। (মখোইদা অসি হায়বিগনি ঃ) নখোই তংঙু মহাউ নখোইনা থীনা ওৎ-নৈবগী। মসিনিদো নখোইনা থুনা থোকহন্নীংখিবদু।

ذُوقُوا فِتْنَتَكُمْ هَٰذَا الَّذِي كُنتُم بِهِ تَسْتَعْجِلُونَ ﴿١٤﴾

১৬। তশেংবমক ধর্ম্ম ফম্বৈনবশিংদু লৈগনি হৈকোন-লৈকোনশিং অমসুং ঈশিং ঈফুৎশিংগী মরক্তা (য়াম্না নুংঙাইনা),

إِنَّ الْمُتَّقِينَ فِي جَنَّاتٍ وَعُيُونٍ ﴿١٥﴾

১৭। লৌদুনা (মনা-মথিন) মখোইগী মপুনা পীবদু মখোইদা। তশেংবমক মখোই মসিগী মমাংদা অফবা খাল্লম্মী (পুন্নমক্তা)।

آخِذِينَ مَا آتَاهُمْ رَبُّهُمْ ۚ إِنَّهُمْ كَانُوا قَبْلَ ذَٰلِكَ مُحْسِنِينَ ﴿١٦﴾

১৮। মখোই মশিঙ্গাং ওইনা তুমলম্মী মতম খজিক্তং অহিংদা।

كَانُوا قَلِيلًا مِّنَ اللَّيْلِ مَا يَهْجَعُونَ ﴿١٧﴾

১৯। অদুগা নোং ফোং ঙাল্লকপদা মখোই নীজরম্মী অয়োন-অরান ঙাকপিনবগী (নিতিগী পুন্সি খোঙফমদা)।

وَبِالْأَسْحَارِ هُمْ يَسْتَغْفِرُونَ ﴿١٨﴾

২০। অদুগা মখোইগী লন-থুমদা লৈ শরুক অনীবগী অমসুং নীদবগী(সু)।

وَفِي أَمْوَالِهِمْ حَقٌّ لِّلسَّائِلِ وَالْمَحْرُومِ ﴿١٩﴾

২১। অদুগা পৃথিবীদা লৈ খুদমশিং ধর্ম্মদা চাননা থাজবা মীওইশিংগী,

وَفِي الْأَرْضِ آيَاتٌ لِّلْمُوقِنِينَ ﴿٢٠﴾

২২। অমসুং নখোই নশামক্তদসু। নখোইবু উদরব্রা ?

وَفِي أَنفُسِكُمْ ۚ أَفَلَا تُبْصِرُونَ ﴿٢١﴾

২৩। অদুগা স্বর্গদা লৈ নখোইগী চিঙ্গাক অমসুং নখোইদা ৱাশকপিখিবা অদুসু।

وَفِي السَّمَاءِ رِزْقُكُمْ وَمَا تُوعَدُونَ ﴿٢٢﴾

২৪। মরমদুনা কসমনি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী মপুগী, মসি থাঙ্গৈমকশেংনা অচুম্বনি, নখোইনা চুম্না ঙাঙবগুম্না।

فَوَرَبِّ السَّمَاءِ وَالْأَرْضِ إِنَّهُ لَحَقٌّ مِّثْلَ مَا أَنَّكُمْ تَنطِقُونَ ﴿٢٣﴾

২ শুবা রুকূ

২৫। থুংখ্রব্রা খবর নংঙোন্দা ইব্রাহীমগী ঈকাই-খুম্নঙাই ওইখ্রবা অতিথিশিংগী ?

هَلْ أَتَاكَ حَدِيثُ ضَيْفِ إِبْرَاهِيمَ الْمُكْرَمِينَ ﴿٢٤﴾

২৬। মখোইনা লাকখিবদা মঙোন্দা, মখোইনা হায়খি ঃ "সলাম !" মহাকনা পাওখুমখি ঃ "সলাম !" (মহাকনা খনখি মখোইসি) মশক খঙদবা মীশিংনি ;

إِذْ دَخَلُوا عَلَيْهِ فَقَالُوا سَلَامًا ۖ قَالَ سَلَامٌ قَوْمٌ مُّنكَرُونَ ﴿٢٥﴾

২৭। মহাকনা চঙখি মহাক্কী ইমুংগী মীশিংগী মনাক্তা অমসুং পুথোরকখি অতাওবা শা(ভুনা) ষণনাওগী,

فَرَاغَ إِلَىٰٓ أَهْلِهِۦ فَجَآءَ بِعِجْلٍ سَمِينٍ ﴿٢٦﴾

২৮। অমসুং মহাকনা থমখি মদু মখোইগী মমাংদা (তৌইগুম্বসুং মখোইগী মখুৎশিংনা খানাদু শোক্তবা উখিবদা) মহাকনা হায়খিঃ "নখোইবু চারোইদ্রা ?"

فَقَرَّبَهُۥٓ إِلَيْهِمْ قَالَ أَلَا تَأْكُلُونَ ﴿٢٧﴾

২৯। মহাকনা অকিবা ফাওখি মখোইগী মরমগীদমক। মখোইনা হায়খিঃ "কিগনু।" অদুগা মখোইনা পীখি মঙোন্দা হরাওবা পাও (পোক্কনি হায়বগী) মচা নিপা জ্ঞান চৈরোইনবা অমা।

فَأَوْجَسَ مِنْهُمْ خِيفَةً ۖ قَالُوا۟ لَا تَخَفْ ۖ وَبَشَّرُوهُ بِغُلَٰمٍ عَلِيمٍ ﴿٢٨﴾

৩০। মতমদুদা মহাক্কী মলিকহ মাংদা থোরকলম্মী চমম্নখিদুনা (পাও অদু তাবদা) অমসুং (মখুৎনা) ফুখি মমায়দা অমসুং লাউখিঃ "(ইমাইপেম্মা!) হনুরবী অখুংবী ঐবু (হৌজিক অঙাং পোকখিগদ্রা) !"

فَأَقْبَلَتِ ٱمْرَأَتُهُۥ فِى صَرَّةٍ فَصَكَّتْ وَجْهَهَا وَقَالَتْ عَجُوزٌ عَقِيمٌ ﴿٢٩﴾

৩১। মখোইনা হায়খিঃ "(হোই পোক্কনি) অসুম্না য়াথংনবিখ্রে নংগী মপুনা। তশেংবমক, মহাক্তি খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।"

قَالُوا۟ كَذَٰلِكِ قَالَ رَبُّكِ ۖ إِنَّهُۥ هُوَ ٱلْحَكِيمُ ٱلْعَلِيمُ ﴿٣٠﴾

সিপারহ ২৭ ঃ কাল ফমা খতবুকুম

৩২। ইব্রাহীমনা হায়খিঃ "হৌজিক করি পাওনো নখোইগী, হে পাও পুবশিং ?"

قَالَ فَمَا خَطْبُكُمْ أَيُّهَا ٱلْمُرْسَلُونَ ﴿٣١﴾

৩৩। মখোইনা পাওখুমখিঃ "ঐখোইবু থাবিরকখি মরাল লৈরবা মী কাঙলুপ অমদা,

قَالُوٓا۟ إِنَّآ أُرْسِلْنَآ إِلَىٰ قَوْمٍ مُّجْرِمِينَ ﴿٣٢﴾

৩৪। "অদুনা ঐখোইনা হৈথনবা মখোইগী মথক্তা (নোং চুবগুম) লৈবাক-নুংশিং।"

لِنُرْسِلَ عَلَيْهِمْ حِجَارَةً مِّن طِينٍ ﴿٣٣﴾

৩৫। "খুদম হকচনখ্রবনি, নংগী মপুগী মনাক্তা, (তুম-তাকহন্নবগী) কা হেন্দোকপশিংগীদমক।"

مُّسَوَّمَةً عِندَ رَبِّكَ لِلْمُسْرِفِينَ ﴿٣٤﴾

৩৬। মরমদুনা ঐখোইনা পুথোরকপিখি (শহর) অদুদা লৈরম্বা (অচুম্বা) থাজবশিংবু;

فَأَخْرَجْنَا مَن كَانَ فِيهَا مِنَ ٱلْمُؤْمِنِينَ ﴿٣٥﴾

فَمَا وَجَدْنَا فِيهَا غَيْرَ بَيْتٍ مِّنَ الْمُسْلِمِينَ

৩৭। তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা ফংখিদে মফম অদুদা (করিগুম্বা য়ুম অমতা) মুসলিমগী য়ুম অমা নত্তনা ;

وَتَرَكْنَا فِيهَا آيَةً لِّلَّذِينَ يَخَافُونَ الْعَذَابَ الْأَلِيمَ

৩৮। অমসুং ঐখোইনা (লোংথোকপিখি শহর অদু অমসুং) থম্বিরমখি খুদম অমা মদুদা অদুগুম্বা মীওইশিংগী মখোইনা কিজবা অৱাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

وَفِي مُوسَىٰ إِذْ أَرْسَلْنَاهُ إِلَىٰ فِرْعَوْنَ بِسُلْطَانٍ مُّبِينٍ

৩৯। অদুগা মুসা (গী ৱারীদ)সু (লৈ খুদম অমা) ঐখোইনা থাবিখিবদা মহাকপু ফিরঔন্দা তশেং-তশেংবা শক্তিগা লোয়ননা।

فَتَوَلَّىٰ بِرُكْنِهِ وَقَالَ سَاحِرٌ أَوْ مَجْنُونٌ

৪০। তৌইগুম্বসুং মহাকনা মমায় ওন্থোকখি (মুসাদগী) মহাক্কী পাঙ্গল (অমসুং তৌবা ভম্বা মতিক)না মরম্নদুনা অমসুং হায়খি : "(মী অসি) জাদুগরনি নত্রগা অঙাওবনি।"

فَأَخَذْنَاهُ وَجُنُودَهُ فَنَبَذْنَاهُمْ فِي الْيَمِّ وَهُوَ مُلِيمٌ

৪১। মরমদুনা ঐখোইনা ফাখি মহাকপু অমসুং মহাক্কী তেঙ্গোলশিংবু অমসুং হুন্থবিখি মখোইবু সমুদ্রদা, অমসুং মহাক বদনাম তৌনঙাইহনি।

وَفِي عَادٍ إِذْ أَرْسَلْنَا عَلَيْهِمُ الرِّيحَ الْعَقِيمَ

৪২। অদুগা আদশিং (গী ৱারীদ) সু (লৈ খুদম অমা) ঐখোইনা থাখিবদা মখোইগী মথক্তা মাঙ-তাকহন্নঙাই ওইবা নুংশিৎ অমা

مَا تَذَرُ مِن شَيْءٍ أَتَتْ عَلَيْهِ إِلَّا جَعَلَتْهُ كَالرَّمِيمِ

৪৩। মদুনা খাকপা লৈখিদে করিগুম্বা পোৎ অমতা মানা লাকখিবদা, তৌইগুম্বসুং মদুনা ওইহনবিখি পোৎ খুদিংমকপু পঙ্ক-পুমথরবা শরূগুম।

وَفِي ثَمُودَ إِذْ قِيلَ لَهُمْ تَمَتَّعُوا حَتَّىٰ حِينٍ

৪৪। অদুগা সমূদ (কাঙলুপকী ৱারীদ)সু (লৈ খুদম অমা) মখোইদা অসি হায়খিবদা : "নখোই (পেন্না) নুংঙাইজহৌ মতম খরদংগী থোক্লবা।"

فَعَتَوْا عَنْ أَمْرِ رَبِّهِمْ فَأَخَذَتْهُمُ الصَّاعِقَةُ وَهُمْ يَنظُرُونَ

৪৫। তৌইগুম্বসুং মখোইনা (য়েক্লবা মপা চাদনা) লাক্ল-ফানা য়াখিদে মখোইগী মপুগী য়াথংগী মায়োক্তা। মরমদুনা নাকোং য়ৈশিনহনবা মখোল অমনা লাঙ্গোয় চনখি মখোইবু, মখোইনা (মফম-মরাং খঙদনা) অসুম য়েংলিঙৈদা।

৪৫। মরমদুনা মখোই ভুমখিদ্রে (অমুকহন্না) হৌগৎলকপা নত্তুগা মখোইনা ঙাকচবা মখোই মশামকপু, — فَمَا اسْتَطَاعُوا مِن قِيَامٍ وَمَا كَانُوا مُنتَصِرِينَ ﴿٤٥﴾

৪৬। অদুগা (ঐখোইনা মাঙহনবিখি) নূহগী মীশিংবুসু মমাংঙৈদা। তশেংবমক মখোই ওইখি হায়বা ইন্দবা মীশিং। — وَقَوْمَ نُوحٍ مِّن قَبْلُ ۖ إِنَّهُمْ كَانُوا قَوْمًا فَاسِقِينَ ﴿٤٦﴾

৩ শুবা রুকূ

৪৭। অদুগা ঐখোইনা শেম-শাখি স্বর্গবু ঐখোইগী (শক্তি অমসুং পাঙ্গল)গী ইখুৎশিংনা, অমসুং, তশেংবমক, ঐখোইগী শক্তি য়াম্না লৈখ্রে। — وَالسَّمَاءَ بَنَيْنَاهَا بِأَيْدٍ وَإِنَّا لَمُوسِعُونَ ﴿٤٧﴾

৪৮। অদুগা ঐখোইনা শন্দোকপিখি পৃথিবীবু (পাক্লা চাওনা)। কয়াদা নিংথীজনা ঐখোইনা শেম-শাখ্রবা মসিবু! — وَالْأَرْضَ فَرَشْنَاهَا فَنِعْمَ الْمَاهِدُونَ ﴿٤٨﴾

৪৯। অদুগা পোৎ পুম্নমক্কী ঐখোইনা শেম্বিখি জোরাশিং, অদুনা নখোইনা মুন্না রাখল তৌজনবা (অল্লাহগী অঙকপা খুৎশেমদা)। — وَمِن كُلِّ شَيْءٍ خَلَقْنَا زَوْجَيْنِ لَعَلَّكُمْ تَذَكَّرُونَ ﴿٤٩﴾

৫০। মরমদুনা চেনশল্লু অল্লাহদা। তশেংবমক, ঐসে ইচম-চম্বা চেকশন-রা-হায়বা মীনি নখোইদা মহাক্কী মায়কৈদগী; — فَفِرُّوا إِلَى اللَّهِ ۖ إِنِّي لَكُم مِّنْهُ نَذِيرٌ مُّبِينٌ ﴿٥٠﴾

৫১। অমসুং পুথোক্কনু চাঁঙু লাই কনামতা লোয়নননা (মতিক পুম্নমক লৈবা) অল্লাহগা। তশেংবমক, ঐসে ইচম-চম্বা চেকশন-রা-হায়বা মীনি নখোইদা মহাক্কী মায়কৈদগী। — وَلَا تَجْعَلُوا مَعَ اللَّهِ إِلَٰهًا آخَرَ ۖ إِنِّي لَكُم مِّنْهُ نَذِيرٌ مُّبِينٌ ﴿٥١﴾

৫২। অসুম্না ধর্ম্ম পাওতাকপা মী অমতা লাকখিদে মখোইগী মমাংগী মীরোনশিংদা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা হায়খি: "(মী অসি) জাদুগরনি নত্তুগা অঙাওবা মীনি।" — كَذَٰلِكَ مَا أَتَى الَّذِينَ مِن قَبْلِهِم مِّن رَّسُولٍ إِلَّا قَالُوا سَاحِرٌ أَوْ مَجْنُونٌ ﴿٥٢﴾

৫৩। মখোইনা উইল তৌরমথ্রবা (অসিগুম্বা রাঙাঙাসে—ধারা) অমনা অমদা? নত্তে, মখোইসে লাক্ল-ফানা য়াদবা মীশিংনি। — أَتَوَاصَوْا بِهِ ۚ بَلْ هُمْ قَوْمٌ طَاغُونَ ﴿٥٣﴾

৫৪। মরমদুনা নমায় ওথোকও মখোইদগী: মরমদি নং বদনাম ফংনিঙঙাই নত্তে (মখোইনা তৌবগী)। — فَتَوَلَّ عَنْهُمْ فَمَا أَنتَ بِمَلُومٍ ﴿٥٤﴾

وَّذَكِّرْ فَاِنَّ الذِّكْرٰى تَنْفَعُ الْمُؤْمِنِيْنَ ٥٥

৫৬। অদুম ওইনমক (সেবা ফরবদি মিত্তুং থাজিনবগুম্বনি. মরমদুনা) নীংশিঙড়ু, (নপুকনিং লাইরেকফদে. অতনবা নাইফদে) ; করিনা হায়ববু নীংশিঙবনা কান্নবা ওইহল্লি (মপুকচেন তিংনা অচুম্বা) থাজবশিংদা।

وَمَا خَلَقْتُ الْجِنَّ وَالْاِنْسَ اِلَّا لِيَعْبُدُوْنِ ٥٦

৫৭। অদুগা ঐনা শেম-শাখিদে জিনশিং অমসুং মীশিংবু নত্তনা মখোইনা থৌগনজনবা ঐবু (থাজং য়ৌনা হৈরবগা)।

مَآ اُرِيْدُ مِنْهُمْ مِّنْ رِّزْقٍ وَّمَآ اُرِيْدُ اَنْ يُّطْعِمُوْنِ ٥٧

৫৮। ঐনা তান্দে চিঞ্জাক মখোইদগী, নত্তুগা ঐনা হায়দে মখোইনা পিজগদবনি ঐবু।

اِنَّ اللّٰهَ هُوَ الرَّزَّاقُ ذُو الْقُوَّةِ الْمَتِيْنُ ٥٨

৫৯। তশেংবমক, অল্লাহদি চিঞ্জাক হুনবিহৈবনি, শক্তি চেনবনি (অমসুং) অকনবনি।

فَاِنَّ لِلَّذِيْنَ ظَلَمُوْا ذَنُوْبًا مِّثْلَ ذَنُوْبِ اَصْحٰبِهِمْ فَلَا يَسْتَعْجِلُوْنِ ٥٩

৬০। তশেংবমক, অরানবা লম্বীনবশিংগী লাইবক খেল্লাই মাম্নগনি মখোইগী (থাইনগী) মরূপশিংগী লাইবক খোম্লাইগা ; মরমদুনা মখোই হায়জদসনু ঐঙোন্দা (রায়েল-চৈরাক) থুনা থারক্নবগী।

فَوَيْلٌ لِّلَّذِيْنَ كَفَرُوْا مِنْ يَّوْمِهِمُ الَّذِيْ يُوْعَدُوْنَ ٦٠ ع

৬১। মরমদুনা, অরাবনিদা! লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদু, মরমদি মখোইগী (লাইবক থীবা) নুমিৎ মখোইদা রাশকপিখিবদু (লাক্কদবা নকশল্লকলে)।

سُوْرَةُ الطُّوْرِ مَكِّيَّةٌ (٥٢)

আল- তূর সূরহ ৫২

(হিজরী মমাংদা থাখি আয়াত মশিং ৫০ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالطُّوْرِ ②

২। কসমনি চীংজাওগী,

وَكِتٰبٍ مَّسْطُوْرٍ ③

৩। অমসুং অইবা কিতাবকী,

فِيْ رَقٍّ مَّنْشُوْرٍ ④

৪। তিংথোকলবা চেগোন্দা,

وَالْبَيْتِ الْمَعْمُوْرِ ⑤

৫। অমসুং তোয়না চৎপা যুমজাওগী,

وَالسَّقْفِ الْمَرْفُوْعِ ⑥

৬। অমসুং রাংহনবিখ্রবা যুমথক্কী,

وَالْبَحْرِ الْمَسْجُوْرِ ⑦

৭। অমসুং শ্বাই-শ্বাই পাখৎলবা সমুদ্রগী,

اِنَّ عَذَابَ رَبِّكَ لَوَاقِعٌ ⑧

৮। তশেংবমক লাক্কনি নংগী মপুগী রায়েল-চৈরাক,

مَّا لَهٗ مِنْ دَافِعٍ ⑨

৯। কনা অমতা লৈতে থিংবা ঙম্বা মদু,

يَّوْمَ تَمُوْرُ السَّمَآءُ مَوْرًا ⑩

১০। নুমিৎ অদুদা স্বর্গনা অকিবগী মশক ওইনা সোর মপী হোনগনি,

وَّتَسِيْرُ الْجِبَالُ سَيْرًا ⑪

১১। অমসুং চীংজাওশিং অকিবগী খুনীক নীক্কনি।

فَوَيْلٌ يَّوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِيْنَ ⑫

১২। মরমদুনা অরাবনিদা! নুমিৎ অদুদা অচুম্বা য়াদবা মখোইদু,

الَّذِيْنَ هُمْ فِيْ خَوْضٍ يَّلْعَبُوْنَ ⑬

১৩। মখোই নুংঙাইথোকলম্মী রারেম থৌরেমদা।

يَوْمَ يُدَعُّوْنَ اِلٰى نَارِ جَهَنَّمَ دَعًّا ⑭

১৪। নুমিৎ অদুদা মখোইবু ইনশিনবিগনি নরক্কী মৈনুংদা অকনবা খুৎইন্না।

هٰذِهِ النَّارُ الَّتِيْ كُنْتُمْ بِهَا تُكَذِّبُوْنَ ⑮

১৫। (অসি হায়বিগনি মখোইদা ঃ) "মসি খাম্বি মৈনি নখোইনা মীনম্বনি থক্লম্বদু।

اَفَسِحْرٌ هٰذَآ اَمْ اَنْتُمْ لَا تُبْصِرُوْنَ ⑯

১৬। "মসি মিত্তুং ওইব্রা, নত্রগা নখোই উদব্রা ?

اِصْلَوْهَا فَاصْبِرُوْٓا اَوْ لَا تَصْبِرُوْا سَوَآءٌ عَلَيْكُمْ

১৭। "(হৌজিক) চাকলো নখোই মদুগী মনুংদা, নখোইনা (মৈচাক) খাংলবসু নত্রগা খাংদ্রবসু,

إِنَّمَا تُجْزَوْنَ مَا كُنْتُمْ تَعْمَلُوْنَ ﴿١٧﴾

অদুগী অদুমঙাই নখোইগীদমক। নখোইবু লমল খুমলিবনি নখোইনা তৌখিবগী মতুংইন্না।"

إِنَّ الْمُتَّقِيْنَ فِيْ جَنّٰتٍ وَّنَعِيْمٍ ﴿١٨﴾

১৮। তশেংবমক, ধর্ম্ম ফম্বৈনশিংদি লৈগনি স্বর্গ লৈকোনশিংদা অমসুং নুংঙাইবা শরুক্কদুনা,

فٰكِهِيْنَ بِمَآ اٰتٰهُمْ رَبُّهُمْ ۚ وَوَقٰهُمْ رَبُّهُمْ عَذَابَ الْجَحِيْمِ ﴿١٩﴾

১৯। হরাওদুনা মখোইগী মপুনা পীনবিবা অদুদা মখোইবু অমসুং মখোইগী মপুনা ঙাকপিবা অদুদা মখোইবু খাম্বি মৈগ্রেং তরাবগী চৈরাক্তগী।

كُلُوْا وَاشْرَبُوْا هَنِيْٓـًٔا ۢبِمَا كُنْتُمْ تَعْمَلُوْنَ ﴿٢٠﴾

২০। (অসিসু হায়বিগনি মখোইদা ঃ) "চাও অমসুং থকও পেন্না নখোইগী তৌজ মতিকমলগী,

مُتَّكِـِٔيْنَ عَلٰى سُرُرٍ مَّصْفُوْفَةٍ ۚ وَزَوَّجْنٰهُمْ بِحُوْرٍ عِيْنٍ ﴿٢١﴾

২১। "হিপথদুনা পরেং নাইনা লৈবা গদ্দীশিংগী মথক্তা;" অমসুং ঐখোইনা তালোইনহনবিগনি মখোইবু (ধর্ম্ম কায়দবী শামান লেংমান্নবী) শকাহেনবীশিং মমিংশিং তরাও-তরাওবী (থম্মোই খুদিং হুনঙাই ওইরবী) গা।

وَالَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَاتَّبَعَتْهُمْ ذُرِّيَّتُهُمْ بِاِيْمَانٍ اَلْحَقْنَا بِهِمْ ذُرِّيَّتَهُمْ وَمَآ اَلَتْنٰهُمْ مِّنْ عَمَلِهِمْ مِّنْ شَيْءٍ ۚ كُلُّ امْرِئٍ ۢبِمَا كَسَبَ رَهِيْنٌ ﴿٢٢﴾

২২। অদুগুম্বা মীওইশিং অচুম্বা থাজবা অমসুং মখোইগী মচা-মশুশিং মতুং ইনবা মখোইগী ধর্ম্ম থাজবদা—ঐখোইনা তিন্নহনবিগনি মখোইবু মখোইগী মচা-মশুশিংগা (স্বর্গ লৈকোন্দা) অমসুং ঐখোইনা হংথহনবিরোয় করিমতা (মখোইগী ফংফম থোকপা মনা-মথিন্দগী) মখোইগী থবকসিগী। মী খুদিংমক বন্ধকনি মানা-মানা কমায়খিবা (থবকশিং)গী।

وَاَمْدَدْنٰهُمْ بِفَاكِهَةٍ وَّلَحْمٍ مِّمَّا يَشْتَهُوْنَ ﴿٢٣﴾

২৩। অদুগা ঐখোইনা পীবিগনি মখোইবু মরাংকায়না উহৈশিং অমসুং শা মখোইনা পাম্ব-পাম্বদু।

يَتَنَازَعُوْنَ فِيْهَا كَاْسًا لَّا لَغْوٌ فِيْهَا وَلَا تَاْثِيْمٌ ﴿٢٤﴾

২৪। মখোই অমগা অমগা লান্নগনি (অহাউবা মহী হাপ্পা) তেঙ্গোং অমা মদু (থকপ)না রারেম ঙাওনীংলোই নত্তগা পাপ তৌনীংলোই ;

وَيَطُوْفُ عَلَيْهِمْ غِلْمَانٌ لَّهُمْ كَاَنَّهُمْ لُؤْلُؤٌ مَّكْنُوْنٌ ﴿٢٥﴾

২৫। অদুগা মফমদুদা ঙাইদুনা লৈগনি থৌগল চঙনবগী মখোইবু মখোইগী নৌ-জরানশিং, মখোইদু (নীক-নীক লাউনা ফজবনি, কুয়োমদা) লোৎশন্দুনা লৈবা মুক্তাগুম্বনি।

وَاَقْبَلَ بَعْضُهُمْ عَلٰى بَعْضٍ يَّتَسَآءَلُوْنَ ﴿٢٦﴾

২৬। অদুগা মখোই অমগা অমগা মায় ওনশন্নদুনা রা হংনথিনগনি।

قَالُوْٓا اِنَّا كُنَّا قَبْلُ فِيْٓ اَهْلِنَا مُشْفِقِيْنَ ﴿٢٧﴾

২৭। মখোইনা হায়গনিঃ "অসিগী মমাংদা, ঐখোইনা লৈরিঙৈদা ঐখোইগী ইমুংগী মীশিংগী মরক্তা, ঐখোই অকিরা শরুক্করম্মী (অল্লাহনা য়াবিরোয়দ্রা হায়বগী) ;

فَمَنَّ اللّٰهُ عَلَيْنَا وَوَقٰىنَا عَذَابَ السَّمُوْمِ ﴿٢٨﴾

২৮। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা থৌজালবিখ্রে ঐখোইবু অমসুং ঙাকপিখ্রে ঐখোইবু অশাবা নুংশিৎকী চৈরাক্তগী।

اِنَّا كُنَّا مِنْ قَبْلُ نَدْعُوْهُ ؕ اِنَّهٗ هُوَ الْبَرُّ الرَّحِيْمُ ﴿٢٩﴾ ع

২৯। তশেংবমক, ঐখোইনা প্রার্থনা তৌজখি মঙোন্দা অসিগী মমাংদা। তশেংবমক, মহাক্তি থৌজালহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

২ শুবা রুকূ

فَذَكِّرْ فَمَآ اَنْتَ بِنِعْمَتِ رَبِّكَ بِكَاهِنٍ وَّلَا مَجْنُوْنٍ ﴿٣٠﴾

৩০। মরমদুনা নীংশিঙহু (নংগী মীশিংবু)। নংগী মপুগী থৌজালদগী নং নত্তে তুংদা থোরক্কদবা রা হায়বা মী নত্ত্রগা অঙাওবা মী।

اَمْ يَقُوْلُوْنَ شَاعِرٌ نَّتَرَبَّصُ بِهٖ رَيْبَ الْمَنُوْنِ ﴿٣١﴾

৩১। নত্ত্রগা মখোইনা হায়ব্রাঃ "(মহাক) কবিনি—ঐখোই ঙাইহরিএ লাইবক থীবা খরা মতমনা থোকহনবা মঙোন্দা ?"

قُلْ تَرَبَّصُوْا فَاِنِّيْ مَعَكُمْ مِّنَ الْمُتَرَبِّصِيْنَ ﴿٣٢﴾

৩২। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "নখোই ঙাইয়ু! ঐসু (ঙাইহরি) নখোইগা লোয়নননা অঙাইবশিংদুগী মরক্তা।

اَمْ تَاْمُرُهُمْ اَحْلَامُهُمْ بِهٰذَآ اَمْ هُمْ قَوْمٌ طَاغُوْنَ ﴿٣٣﴾

৩৩। নত্ত্রগা মখোইগী জ্ঞান্না তাকপ্রা মখোইবু মসি (হায়য়ু হায়না) ? নত্ত্রগা মখোইসে লাক্‌-ফানা য়াদবা মীশিংরা ?

اَمْ يَقُوْلُوْنَ تَقَوَّلَهٗ ۚ بَلْ لَّا يُؤْمِنُوْنَ ﴿٣٤﴾

৩৪। নত্ত্রগা মখোইনা হায়ব্রাঃ "মহাকনা চুমদনা শাজিনখ্রে (রাপাও) অদু? নত্তে, মখোই (কদৌঙৈদসু) অচুম্বা থাজদে।

فَلْيَاْتُوْا بِحَدِيْثٍ مِّثْلِهٖٓ اِنْ كَانُوْا صٰدِقِيْنَ ﴿٣٥﴾

৩৫। মরমদুনা মখোই পুথোরকসনু মসিগা মান্নবা লাউথোকপা অমা, মখোইনা ঙাঙলবদি অচুম্বা।

اَمْ خُلِقُوْا مِنْ غَيْرِ شَيْءٍ اَمْ هُمُ الْخٰلِقُوْنَ ﴿٣٦﴾

৩৬। নত্ত্রগা মখোইবু শেমগ্রিবা করিসু নত্তবদা? নত্ত্রগা মখোই অশেম্বা ওইরব্রা মশামকপু ?

أَمْ خَلَقُوا السَّمٰوٰتِ وَالْأَرْضَ ۚ بَل لَّا يُوقِنُونَ ﴿٣٦﴾

৩৭। নত্তগা মখোইনা শেম-শাখিব্রা স্বর্গ অমসুং পৃথিবীবু ? নত্তে, মখোই করিসু থাজবা লৈতে।

أَمْ عِندَهُمْ خَزَائِنُ رَبِّكَ أَمْ هُمُ الْمُصَيْطِرُونَ ﴿٣٧﴾

৩৮। নত্তগা মখোইনা মপু ওইব্রা নংগী মপুগী লনকৈশিংগী, নত্তগা মখোইনা ওইব্রা শাসন-তৌবা মীশিং ?

أَمْ لَهُمْ سُلَّمٌ يَسْتَمِعُونَ فِيهِ ۖ فَلْيَأْتِ مُسْتَمِعُهُم بِسُلْطَانٍ مُّبِينٍ ﴿٣٨﴾

৩৯। নত্তগা মখোইগী লৈরব্রা কৈরাক অমা (স্বর্গ য়ৌবা) মদুগী মতেংনা মখোইনা (স্বর্গ কাখত্তুনা) তানবা (অল্লাহগীময়াথংশিং) ? অদু ওইরবদি, মখোইগী পাওতাবনা পুরকসনু তশেং-তশেংবা সনদ।

أَمْ لَهُ الْبَنَاتُ وَلَكُمُ الْبَنُونَ ﴿٣٩﴾

৪০। নত্তগা মহাক্কী লৈব্রা মমোম (নুংঙোনবী) শিংতা অমসুং নখোইগীনা নচা নিপাশিংতা ?

أَمْ تَسْأَلُهُمْ أَجْرًا فَهُم مِّن مَّغْرَمٍ مُّثْقَلُونَ ﴿٤٠﴾

৪১। নত্তগা নংনা পীয়ু হায়ব্রা মখোইদগী মনা-মথিন (নংনা ধর্ম্ম পাওতাকপগী), অদুনা মখোই পুখরব্রা শেন্দোন-লন্দোন্দা ?

أَمْ عِندَهُمُ الْغَيْبُ فَهُمْ يَكْتُبُونَ ﴿٤١﴾

৪২। নত্তগা মখোইনা পায়রিব্রা উদ (খঙদ)বগী (পাওশিং তুংদা থোকলগদবা রাগী) অদুনা মখোইনা ইথোকপ্রা (মদু অল্লাহগী হুকুম খঙহনবা পরেংদগী) ?

أَمْ يُرِيدُونَ كَيْدًا ۖ فَالَّذِينَ كَفَرُوا هُمُ الْمَكِيدُونَ ﴿٤٢﴾

৪৩। নত্তগা মখোইনা শরো শীগীংব্রা (নংগী মায়োক্তা) ? তৌইংগুম্বসুং লমফৈ-খোঙফম্নবা মখোইদুনি লাংথুনগদবদি (মখোইগী) শরো-লাংলৌদা।

أَمْ لَهُمْ إِلٰهٌ غَيْرُ اللَّهِ ۚ سُبْحَانَ اللَّهِ عَمَّا يُشْرِكُونَ ﴿٤٣﴾

৪৪। নত্তগা মখোইগী লৈরব্রা চাঙু লাই অমা অল্লাহ নত্তবা ? অশেংবনি অল্লাহদি মখোইনা থৈজিল্লিবা (মশরুক য়ামিন্নবশিং) অদুদগী (মঙোন্দা)।

وَإِن يَرَوْا كِسْفًا مِّنَ السَّمَاءِ سَاقِطًا يَقُولُوا سَحَابٌ مَّرْكُومٌ ﴿٤٤﴾

৪৫। অদুগা মখোইনা করিগুম্বা উরদি স্বর্গ মচেৎ অমা (নীংখায়দুনা) তারকপদা (মখোইগী মথক্তা) মখোইনা হায়গনিঃ "(মসি) অথাবা নোং মতুমনি।"

فَذَرْهُمْ حَتّٰى يُلٰقُوْا يَوْمَهُمُ الَّذِيْ فِيْهِ يُصْعَقُوْنَ ﴿٤٥﴾

৪৬। মরমদুনা থাদোকও মখোইবু মখোইগী (দণ্ডিগী) নুমিৎ অদু লাক্তুরিবা ফাওবা মদুদা মখোই ওইগনি বজ্র (কোটি)না ফুথরকপগুম,

يَوْمَ لَا يُغْنِيْ عَنْهُمْ كَيْدُهُمْ شَيْئًا وَّلَا هُمْ يُنْصَرُوْنَ ﴿٤٦﴾

৪৭। নুমিৎ অদুদা মখোইগী শরৌ-লাংলৌ (অমসুং মরে-মরা) কান্নবা করিসু পীরোই মখোইবু নত্তগা মখোইবু মতেং পাংবিরোই।

وَاِنَّ لِلَّذِيْنَ ظَلَمُوْا عَذَابًا دُوْنَ ذٰلِكَ وَلٰكِنَّ اَكْثَرَهُمْ لَا يَعْلَمُوْنَ ﴿٤٧﴾

৪৮। অদুগা তশেংবমক অরানবা লম্বীনবশিংগী লৈ রায়েল-চৈরাক অসিতা নত্তনা। তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা খঙদে।

وَاصْبِرْ لِحُكْمِ رَبِّكَ فَاِنَّكَ بِاَعْيُنِنَا وَسَبِّحْ بِحَمْدِ رَبِّكَ حِيْنَ تَقُوْمُ ﴿٤٨﴾

৪৯। মরমদুনা খাংহৈনা ঙাইয়ু রায়েল বিচার নংগী মপুগী (মখোইগী মথক্তা), মরমদি তশেংবমক নং লৈ ঐখোইগী মিৎয়েং মখাদা, অমসুং শোল্লু লাইশোল নংগী মপুবু থাগৎপগী নংনা (তুম্বদগী) হৌগৎলকপা মতমদা,

وَمِنَ الَّيْلِ فَسَبِّحْهُ وَاِدْبَارَ النُّجُوْمِ ﴿٤٩﴾

৫০। অমসুং অহিংগী মতমদসু নং থাগৎচৌ মহাকপু অমসুং থরানমিচাকশিংনা তাখিবদসু।

# سُوْرَةُ النَّجْمِ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ৫৩ অল-নজম

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৬৩ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। কসমনি থরানমিচাক তাখিবগী,

وَالنَّجْمِ اِذَا هَوٰى ②

৩। নখোইগী তিন্নবা মরূপদু অরানবা তৌদে নত্তগা লম্মুক্কদে ;

مَا ضَلَّ صَاحِبُكُمْ وَمَا غَوٰى ③

৪। নত্তগা মহাকনা ঙাঙ-শক্তে (মহাক মশাগী) অপাম্বনা।

وَمَا يَنْطِقُ عَنِ الْهَوٰى ④

৫। মসি করিসু নত্তে তৌইগুম্বসুং (তশেংবা) ফোংদোকপিখিবা রাপাওনি—(মদু) ফোংদোক-পিখি (অল্লাহনা),

اِنْ هُوَ اِلَّا وَحْيٌ يُّوْحٰى ⑤

৬। তম্বিখি মহাকপু অচৌবা পাঙ্গলবনা,

عَلَّمَهٗ شَدِيْدُ الْقُوٰى ⑥

৭। শক্তিগী মপুনা। মরমদুনা মহাক ফংখি (চপচানা) মপুংফাবা,

ذُوْ مِرَّةٍ ؕ فَاسْتَوٰى ⑦

৮। অমসুং মহাকনা ফোংদোকপিখি মহাক্কী রাহে মহাকনা নৈরিঙৈদা সোরারেন — নোংখোঙ পরেংগী মথক ইথং-থংবদা।

وَهُوَ بِالْاُفُقِ الْاَعْلٰى ⑧

৯। অদুগী তুংদা মহাক নকশনখি (অল্লাহদা), মতমদুদা (অল্লাহনসু) নকশনবিরকখি মঙোন্দা,

ثُمَّ دَنَا فَتَدَلّٰى ⑨

১০। অদুনা মহাক ওইবগুম তৌখি লৌরুং অনিগী মশাংগী নত্তগা খরদুম হেন্না নকশিন্না।

فَكَانَ قَابَ قَوْسَيْنِ اَوْ اَدْنٰى ⑩

১১। মরমদুনা মহাকনা ফোংদোকপিখি মহাক্কী মনাই নিপাদা মহাকনা ফোংদোকনীংবদু।

فَاَوْحٰى اِلٰى عَبْدِهٖ مَا اَوْحٰى ⑪

১২। (নবীগী) থম্মোইনা চুমদবা তৌখিদে (অমদি চিংনবা পোকখিদে) মহাকনা উখিবদা (চেংলৌ মমিৎ অরুবনা)।

مَا كَذَبَ الْفُؤَادُ مَا رَاٰى ⑫

১৩। করি! নখোই চীন্দান্নগে হায়রিব্রা মহাক্কা মহাকনা উখিবগী মরমদা ?

اَفَتُمٰرُوْنَهٗ عَلٰى مَا يَرٰى ⑬

১৪। অদুগা তশেংবমক মহাকনা উখি মহাকপু অতোপ্পা মতমদসু,

وَلَقَدْ رَاٰهُ نَزْلَةً اُخْرٰى ﴿١٣﴾

১৫। মনাক্তা লাপ্পা লৈখ্রবা 'সিদরহ' পাম্বীগী।

عِنْدَ سِدْرَةِ الْمُنْتَهٰى ﴿١٤﴾

১৬। মদুগী মনাক্তা লৈ মতম পুম্বদা লৈগদবা হৈকোন-লৈকোনগী যুম।

عِنْدَهَا جَنَّةُ الْمَاْوٰى ﴿١٥﴾

১৭। কুপ্লবা (পোৎ)না কুপশনখ্রবদা 'সিদরহ' পাম্বীদু,

اِذْ يَغْشَى السِّدْرَةَ مَا يَغْشٰى ﴿١٦﴾

১৮। (মহাক্কী) মিৎয়েং শেরান্নখিদে নত্তুগা মদু চোয়খিদে।

مَا زَاغَ الْبَصَرُ وَمَا طَغٰى ﴿١٧﴾

১৯। তশেংবমক, মহাকনা উখি অথোইবা খুদমশিং মহাক্কী মপুগী।

لَقَدْ رَاٰى مِنْ اٰيٰتِ رَبِّهِ الْكُبْرٰى ﴿١٨﴾

২০। নখোই (খঙলবদি) অদুক হায়য়ু (অরবকী লাইরেম্বী অহুমগী মরমদা ঃ) অল-লাত অমসুং অল-উজ্জা,

اَفَرَءَيْتُمُ اللّٰتَ وَالْعُزّٰى ﴿١٩﴾

২১। অমসুং মনাত, অহুমশুবা (লাইরেম্বী), ইকোন-কোনবদুগী ?

وَمَنٰوةَ الثَّالِثَةَ الْاُخْرٰى ﴿٢٠﴾

২২। করি। নখোইগীদি নচা নিপাশিংতা ওইব্রা অমসুং অল্লাহগীনা মচা নুপীশিংতা ওইব্রা ?

اَلَكُمُ الذَّكَرُ وَلَهُ الْاُنْثٰى ﴿٢١﴾

২৩। মদু তশেংবমক চুমদবা নায়েন্ননি।

تِلْكَ اِذًا قِسْمَةٌ ضِيْزٰى ﴿٢٢﴾

২৪। (লাইরেম্বীশিং) মখোইসিগী মমিংশিং খোনজনখিবনি নখোইনা অমসুং নখোইগী নপা নপুশিংনা—মদুগীদমক অল্লাহনা পীখিদে দলিল। মখোইনা তুংইন্নি কান্নদবা মপুকনিংনা শাগৎপা ব্লাখলগী অমসুং মখোইগী থরাইশিংনা পাম্বগী, হৌজিক মখোইদা তশেংনা লাকখ্রবদা লমজিং মখোইগী মপুদগী।

اِنْ هِيَ اِلَّآ اَسْمَآءٌ سَمَّيْتُمُوْهَآ اَنْتُمْ وَاٰبَآؤُكُمْ مَّآ اَنْزَلَ اللّٰهُ بِهَا مِنْ سُلْطٰنٍ اِنْ يَّتَّبِعُوْنَ اِلَّا الظَّنَّ وَمَا تَهْوَى الْاَنْفُسُ وَلَقَدْ جَآءَهُمْ مِّنْ رَّبِّهِمُ الْهُدٰى ﴿٢٣﴾

২৫। নত্তুগা মীনা ফংবা য়াব্রা মহাকনা অপাম্বাপুম্বা ?

اَمْ لِلْاِنْسَانِ مَا تَمَنّٰى ﴿٢٤﴾

২৬। তৌইগুম্বসুং অল্লাহগী মখুত্তা লৈবনি শিরবা মতুংগী পুন্সি অসুং তাইবঙ-পুন্সি (অনিমক)।

فَلِلّٰهِ الْاٰخِرَةُ وَالْاُوْلٰى ﴿٢٥﴾ ع

২ শুবা রুকূ

وَكَمْ مِّنْ مَّلَكٍ فِي السَّمٰوٰتِ لَا تُغْنِيْ شَفَاعَتُهُمْ شَيْـًٔا اِلَّا مِنْۢ بَعْدِ اَنْ يَّاْذَنَ اللّٰهُ لِمَنْ يَّشَآءُ وَيَرْضٰى ﴿٢٦﴾

২৭। অদুগা স্বর্গ দুত কয়া য়াম্না লৈখ্রবা স্বর্গদা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা অফবা হায়বিবনা করিসু কান্নবা ওইরোই, অল্লাহনা ময়াথং পীবা নত্তরবদি মহাকনা চানবিনীংবা (মতিকচাবা)গী অমসুং য়াবিনীংবা (অফবা লম্বীনব)গী।

اِنَّ الَّذِيْنَ لَا يُؤْمِنُوْنَ بِالْاٰخِرَةِ لَيُسَمُّوْنَ الْمَلٰٓئِكَةَ تَسْمِيَةَ الْاُنْثٰى ﴿٢٧﴾

২৮। তশেংবমক (অফ-শাজনীংবা) শিরবা মতুংগী পুন্সিবু থাজদবা মখোইদুনা মমিং থোনজল্লি স্বর্গ দুতশিংবু নুপীশিংগী মমিং।

وَمَا لَهُمْ بِهٖ مِنْ عِلْمٍ ؕ اِنْ يَّتَّبِعُوْنَ اِلَّا الظَّنَّ ۚ وَاِنَّ الظَّنَّ لَا يُغْنِيْ مِنَ الْحَقِّ شَيْـًٔا ﴿٢٨﴾

২৯। তৌইগুম্বসুং মখোই জ্ঞান করিসু লৈতে মদুগী মরমদা। মখোইনা তুংইল্লি কান্নদবা মপুকনিংনা শাবা রাখলতগী; তৌইগুম্বসুং পুকনিংনা শাবনা করিসু কান্নবা ফংলোই অচুম্বগী মায়োক্তো।

فَاَعْرِضْ عَنْ مَّنْ تَوَلّٰى ۙ عَنْ ذِكْرِنَا وَلَمْ يُرِدْ اِلَّا الْحَيٰوةَ الدُّنْيَا ﴿٢٩﴾

৩০। মরমদুনা নমায় ওথোকত্ত অদুগুম্বা মীওইদগী মহাকনা মমায় ওথোকই ঐখোইবু নীংশিঙবদগী অমসুং পেন্নাইদনা পামই তাইবঙ-পুন্সিতবু।

ذٰلِكَ مَبْلَغُهُمْ مِّنَ الْعِلْمِ ؕ اِنَّ رَبَّكَ هُوَ اَعْلَمُ بِمَنْ ضَلَّ عَنْ سَبِيْلِهٖ ۙ وَهُوَ اَعْلَمُ بِمَنِ اهْتَدٰى ﴿٣٠﴾

৩১। মদু মখোইগী জ্ঞানগী অয়োৌবি পনখেনি। তশেংবমক নংগী মপুনা মুন্না খঙই কনানা লম্মুক্কবা মহাক্কী লম্বীদগী অমসুং মহাকনা মুন্না খঙই কনানা তুং ইনবা (অচুম্বা) লমজিং।

وَلِلّٰهِ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَمَا فِي الْاَرْضِ ۙ لِيَجْزِيَ الَّذِيْنَ اَسَآءُوْا بِمَا عَمِلُوْا وَيَجْزِيَ الَّذِيْنَ اَحْسَنُوْا بِالْحُسْنٰى ﴿٣١﴾

৩২। অদুগা অল্লাহতগীনি স্বর্গদা লৈবাপুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈবাপুম্বা, অদুনা মহাকনা লমঙ্গ খুম্বিগনি ফত্তরম লম্বীনবা মখোইবু মখোইনা তৌরম্বগী মতুংইন্না অমসুং মহাকনা পীবিগনি অফবা মনা-মথিন অফবা লম্বীনরম্বা মখোইদুদা।

اَلَّذِيْنَ يَجْتَنِبُوْنَ كَبٰٓئِرَ الْاِثْمِ وَالْفَوَاحِشَ اِلَّا اللَّمَمَ ؕ اِنَّ رَبَّكَ وَاسِعُ الْمَغْفِرَةِ ؕ هُوَ اَعْلَمُ بِكُمْ اِذْ اَنْشَاَكُمْ مِّنَ الْاَرْضِ وَاِذْ اَنْتُمْ اَجِنَّةٌ فِيْ

৩৩। অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা থাদোকপা অচৌবা পাপশিং অমসুং লূদবা থবকশিং নত্তনা অপাইবা রাখলশিং (থস্মোইদা ঈচু লাংহৌদবা)—থাঙ্গৈমকশেংনা (কোকপিগনি, করিনা হায়ববু) নংগী মপুদি (য়াম্না) মরাংকায়না কোকপি-হৈবনি। মহাকনা মুন্না খঙই নখোইবু মহাকনা শেমখিবা (মতম)দগী নখোইবু লৈবাক্তগী, অমসুং নখোইনা মূর্তি শুরকপদা ভাইবা অশাং ওইরিঙেদা

بُطُوْنِ اُمَّهٰتِكُمْ ۚ فَلَا تُزَكُّوْٓا اَنْفُسَكُمْ ۭ هُوَ اَعْلَمُ بِمَنِ اتَّقٰى ﴿٣٢﴾ ع

নমাশিংগী গর্ভনুংশিংদা। মরমদুনা নখোই শাজিন্নগনু অশেংবা। মহাকনা মুপ্না খঙই কনানা (তশেংনা) অচুম্বা লম্বীনবা।

### ৩ শুবা রুকূ

اَفَرَءَيْتَ الَّذِيْ تَوَلّٰى ﴿٣٣﴾

৩৪। নং উরব্রা মহাকদু মমায় ওন্থোকখিবা (লমজিংদগী),

وَاَعْطٰى قَلِيْلًا وَّاَكْدٰى ﴿٣٤﴾

৩৫। অমসুং (অহানবদা) খরা পীখ্রগা (মতুংদা) পীগদবদা লীকশিনখিবা ?

اَعِنْدَهٗ عِلْمُ الْغَيْبِ فَهُوَ يَرٰى ﴿٣٥﴾

৩৬। মহাকনা খঙব্রা উদবা (খঙদবা)গী (পাও তুংদা থোকলগদবা রাগী) অদুনা মহাকনা উবা ঙম্রা (মশামক্কী পোল্লোই) ?

اَمْ لَمْ يُنَبَّاْ بِمَا فِيْ صُحُفِ مُوْسٰى ﴿٣٦﴾

৩৭। নত্রগা মঙোন্দা খঙহন্দরিব্রা মুসাগী ধর্ম্ম-গ্রন্থদা য়াওবদু,

وَاِبْرٰهِيْمَ الَّذِيْ وَفّٰٓى ﴿٣٧﴾

৩৮। অমসুং ইব্রাহীমগী—মহাকনা পাংথোকচখি (য়াথংশিংদু) ?—

اَلَّا تَزِرُ وَازِرَةٌ وِّزْرَ اُخْرٰى ﴿٣٨﴾

৩৯। মদুদি পোৎলুম পুবা কনা মতনা পুবিরোই পোৎলুম অতোপ্পা কনামতগী,

وَاَنْ لَّيْسَ لِلْاِنْسَانِ اِلَّا مَا سَعٰى ﴿٣٩﴾

৪০। অমসুং মীনা করিসু ফংলোই মহাকনা হোৎনবদু নত্তনা,

وَاَنَّ سَعْيَهٗ سَوْفَ يُرٰى ﴿٤٠﴾

৪১। অমসুং মহাক্কী (অপাম্বা ফংননবা) কন্না হোৎনবদু থুনা উগনি।

ثُمَّ يُجْزٰىهُ الْجَزَاۗءَ الْاَوْفٰى ﴿٤١﴾

৪২। অদুগী তুংদা মহাকপু পীবিগনি তৌজ মতিকমল পুরা-পুরা,

وَاَنَّ اِلٰى رَبِّكَ الْمُنْتَهٰى ﴿٤٢﴾

৪৩। অমসুং নংগী মপুদা পুম্নমক্কী অরোয়বা লমথুংফমনি,

وَاَنَّهٗ هُوَ اَضْحَكَ وَاَبْكٰى ﴿٤٣﴾

৪৪। অমসুং মহাকননি নোকহল্লিবা (মীশিংবু মমায় পাকপা পোল্লোইনবদা) অমসুং কপহল্লিবা (মায়থীবা শরুক্লবদা),

وَاَنَّهٗ هُوَ اَمَاتَ وَاَحْيَا ﴿٤٤﴾

৪৫। অমসুং মহাকননি শিহল্লিবা অমসুং হিংহল্লিবা,

وَاَنَّهٗ خَلَقَ الزَّوْجَيْنِ الذَّكَرَ وَالْاُنْثٰى ﴿٤٥﴾

৪৬। অমসুং মহাকননি শেম-শারিবা জোরাশিং— নিপা অমসুং নুপী.

مِنْ نُّطْفَةٍ اِذَا تُمْنٰى ۝٤٦
وَاَنَّ عَلَيْهِ النَّشْاَةَ الْاُخْرٰى ۝٤٧

৪৭। (অঙাং শানবা) মহীক (নিপাগী বীর্য্য)দগী মদু থাজিল্লবদা (গর্ভনুংদা নুপীগী).

৪৮। অমসুং মহাকনা লেম্পিখ্রে পুথোক্লবা (মীওইবশিংবু) অনিশুবা খুৎশেম (শিবদগী অমুক হিংগৎহনবিদুনা).

وَاَنَّهٗ هُوَ اَغْنٰى وَاَقْنٰى ۝٤٨
وَاَنَّهٗ هُوَ رَبُّ الشِّعْرٰى ۝٤٩
وَاَنَّهٗٓ اَهْلَكَ عَادَا الْاُوْلٰى ۝٥٠

৪৯। অমসুং মহাকননি ইনাক খুনহল্লিবা অমসুং পীরিবা লন-থুম (কনাগুম্বা অমগী) পেন্নবা.

৫০। অমসুং মহাক মপুনি লুব্ধক নক্ষত্রগী.

৫১। অমসুং মহাকননি মাঙ-তাকহনবিখিবা অহানবা আদ (কাঙলুপ)বু.

وَثَمُوْدَا فَمَآ اَبْقٰى ۝٥١
وَقَوْمَ نُوْحٍ مِّنْ قَبْلُ ۗ اِنَّهُمْ كَانُوْا هُمْ اَظْلَمَ وَاَطْغٰى ۝٥٢

৫২। অমসুং সমূদ (কাঙলুপ) পুসু, অমসুং মহাকনা খাকপিখিদে (মখোই কনামতবু).

৫৩। অমসুং মহাকনা (মাঙ-তাকহনবিখি) নুহগী মীশিংবু (মখোইগী) মমাংদা। তশেংবনক মখোই ওইখি য়েঁানা চুমদবা অমসুং লমকেৎ-লমহাইবা।

وَالْمُؤْتَفِكَةَ اَهْوٰى ۝٥٣
فَغَشّٰىهَا مَا غَشّٰى ۝٥٤

৫৪। অদুগা মহাকনা লংখায়বিখি মথক মখা ওলহনবিখ্রবা শহরশিং (লুতকী মীশিংগী).

৫৫। মরমদুনা কুপশন্নবা (পোৎ)না কুপশনরিখি মখোইবু;

فَبِاَيِّ اٰلَاۤءِ رَبِّكَ تَتَمَارٰى ۝٥٥

৫৬। (পুম্নমক) অসিগী মতুংদা (হে মীওইবা!) করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নংগী মপুগী নংনা রায়েৎলিবা?

هٰذَا نَذِيْرٌ مِّنَ النُّذُرِ الْاُوْلٰى ۝٥٦

৫৭। মসি চেকশন-রা-হায়বা মীনি মমাংঙৈদা লাকখিবা চেকশন-রা-হায়বা মীশিংগী মরক্তা।

اَزِفَتِ الْاٰزِفَةُ ۝٥٧

৫৮। নকশল্লকলিবা (রায়েল বিচারগী) পুংফমদু অসুম নকশল্লকলি;

لَيْسَ لَهَا مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ كَاشِفَةٌ ۝٥٨

৫৯। অল্লাহ নত্তবা কনা অমতনা ঙমলোই থিংবা মদু।

اَفَمِنْ هٰذَا الْحَدِيْثِ تَعْجَبُوْنَ ۝٥٩

৬০। (হে অচুম্বা থাজদবশিং!) নখোইবু অঙকপা চনব্রা রাপাও অসিদা?

وَتَضْحَكُوْنَ وَلَا تَبْكُوْنَ ۝٦٠

৬১। অদুগা নখোই নোকপ্রা অমসুং কপ্তব্রা?

৬২। অমসুং নখোই থৌওই-রাওইদনা লৈথোকপ্রা ? وَاَنْتُمْ سٰمِدُوْنَ ﴿٦٢﴾

৬৩। তৌইগুম্বসুং নখোই সজদহ কৎলু অল্লাহদা অমসুং থৌগল তৌ (মহাকপু)। فَاسْجُدُوْا لِلّٰهِ وَاعْبُدُوْا ﴿٦٣﴾

সজদহ



অল-কমর সূরহ ৫৪

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৫৬ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা। بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ﴿١﴾

২। (রায়েল বিচারগী) পুংকমদ্ নকশল্লকখ্রে অমসুং চন্দ্র থা মচেৎ থোক্লা খায়দোকখ্রে। اِقْتَرَبَتِ السَّاعَةُ وَانْشَقَّ الْقَمَرُ ﴿١﴾

৩। অদুগা (উনবি পুকনিং লোংবা) মখোইনা উরবদি খুদম অমা, মখোইনা মমায় ওন্থোকই অমসুং হায় ঃ "(মসি) অকনবা জাদু-মন্ত্রনি।" وَاِنْ يَّرَوْا اٰيَةً يُّعْرِضُوْا وَيَقُوْلُوْا سِحْرٌ مُّسْتَمِرٌّ ﴿٢﴾

৪। অদুগা মখোইনা য়াদে (অচুম্বা পাওজেন), অমসুং তুং ইল্লি মখোই মশাগী অপাম্বগী। তৌইগুম্বসুং থবক খুদিংগী লৈ লেপখিবা মতম। وَكَذَّبُوْا وَاتَّبَعُوْٓا اَهْوَآءَهُمْ وَكُلُّ اَمْرٍ مُّسْتَقِرٌّ ﴿٣﴾

৫। অদুগা তশেংবমক লাকখ্রে মখোইদা পাওজেন অমা মদুদা য়াওরি পাওমেন (মখোইবু চেকশনহন্নবগী), وَلَقَدْ جَآءَهُمْ مِّنَ الْاَنْبَآءِ مَا فِيْهِ مُزْدَجَرٌ ﴿٤﴾

৬। মপুংফাবা লৌশিংগী রানি, তৌইগুম্বসুং চেকশনহন্নবগী পাওমেনবনা কান্নবা করিসু ওইদে মখোইদা, حِكْمَةٌ بَالِغَةٌ فَمَا تُغْنِ النُّذُرُ ﴿٥﴾

৭। মরমদুনা নং নমায় ওন্থোকও মখোইদগী। নুমিৎ অদুদা (অল্লাহগী মায়কৈদা) অকৌবনা কৌরকপদা (মখোইবু) পেন্নগাই ওইদবা থবক অমদা, فَتَوَلَّ عَنْهُمْ يَوْمَ يَدْعُ الدَّاعِ اِلٰى شَيْءٍ نُّكُرٍ ﴿٦﴾

خُشَّعًا أَبْصَارُهُمْ يَخْرُجُونَ مِنَ الْأَجْدَاثِ كَأَنَّهُمْ جَرَادٌ مُّنتَشِرٌ ⑦

৮। মমিৎশিং লুকথদুনা মখোই থোরক্কনি মখোইগী মোংফমশিংদগী কৌজেংশিং কোয়চাই-চাইথোকপগুম,

مُّهْطِعِينَ إِلَى الدَّاعِ ۖ يَقُولُ الْكَافِرُونَ هَٰذَا يَوْمٌ عَسِرٌ ⑧

৯। তফিং-তফিং চেনশনগনি অকৌবগী মায়কৈরোমদা। অচুম্বা থাজদবশিংনা হায়গনি ঃ "মসি অৱাবগী নুমিৎনি (ঐখোইগী) !"

كَذَّبَتْ قَبْلَهُمْ قَوْمُ نُوحٍ فَكَذَّبُوا عَبْدَنَا وَقَالُوا مَجْنُونٌ وَازْدُجِرَ ⑨

১০। মখোইগী মমাংদা নুহগী মীশিংনা য়াখিদে (ঐখোইগী পাওজেন)— মখোইনা কৌখি ঐখোইগী ইনাই নিপাবু মীনম্বা অমসুং হায়খি ঃ (মহাক), অঙাওবনি অমসুং (মখোইনা) লৌবি তাবিদবনি।

فَدَعَا رَبَّهُ أَنِّي مَغْلُوبٌ فَانتَصِرْ ⑩

১১। মরমদুনা মহাকনা কৌজখি মহাক্কী মপুদা (অসি হায়দুনা) ঃ "(ঐগী মপুও!) ঐবু লাক-হৎপিরে, মরম অদুনা তেংবাংবিয়ু (ঐবু)।"

فَفَتَحْنَا أَبْوَابَ السَّمَاءِ بِمَاءٍ مُّنْهَمِرٍ ⑪

১২। মরমদুনা ঐখোইনা হাংদোকপিখি থোঙশিং স্বর্গগী, নোং-ঈশিং হৈথহনবিদুনা,

وَفَجَّرْنَا الْأَرْضَ عُيُونًا فَالْتَقَى الْمَاءُ عَلَىٰ أَمْرٍ قَدْ قُدِرَ ⑫

১৩। অমসুং ঐখোইনা শ্বাই-শ্বাই পাথোকহনবিখি লৈপাক মখাগী ঈফুটশিং, অদুনা (নোংথক্কী অমসুং লৈখাগী) ঈশিং (অনি পুল্লপ্পা) তিন্নখি (মখোইবু মাঙহনবিনবগী) হান্না লেপখিবা হুকুমগী মতুংইন্না।

وَحَمَلْنَاهُ عَلَىٰ ذَاتِ أَلْوَاحٍ وَدُسُرٍ ⑬

১৪। অদুগা ঐখোইনা পুবিখি মহাকপু (শীজাওদা) মদু শাখি উপাকশিং অমসুং য়োৎপিশিংনা,

تَجْرِي بِأَعْيُنِنَا جَزَاءً لِّمَن كَانَ كُفِرَ ⑭

১৫। মদু (কোয়তাও) তাওখি (ঈশিংদা) ঐখোইনা য়েংনা-য়েংনা; মনা-মথিননি (মহাক্কী মীশিংনা) য়াবিখিদ্রবা মহাক্কী।

وَلَقَد تَّرَكْنَاهَا آيَةً فَهَلْ مِن مُّدَّكِرٍ ⑮

১৬। অদুগা ঐখোইনা তশেংনা ওইহনবিখি মসি খুদম অমা (তুংদা হৌরকলিবা মীরোনশিংগী), তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা (মী)না য়েংশনব্রা মসিদা ?

فَكَيْفَ كَانَ عَذَابِي وَنُذُرِ ⑯

১৭। মরমদুনা কয়া-য়াম্না (শাথীদ্রবা) ঐগী ৱায়েল-চৈরাক অমসুং ঐগী পাওমেন (মখোইগী মথক্তা)!

১৮। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা শেমখি কুরআনবু লায়না (খঙনবা অমসুং) নীংশিঙনবা, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা (মী)না মপুকনিং চঙব্রা (মসিদা) ?

وَلَقَدْ يَسَّرْنَا الْقُرْاٰنَ لِلذِّكْرِ فَهَلْ مِنْ مُّدَّكِرٍ ﴿١٨﴾

১৯। আদ কাঙলুপনা য়াখিদে (অচুম্বা)। মরমদুনা কয়া য়াম্না (শাথী থুবা) ঐগী রায়েল-চৈরাক অমসুং ঐগী পাওমেন (মখোইগী মথক্তা)!

كَذَّبَتْ عَادٌ فَكَيْفَ كَانَ عَذَابِيْ وَنُذُرِ ﴿١٩﴾

২০। তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখি মখোইগী মথক্তা য়াম্না শাথীবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমা য়াম্না লাইবক থীবা নুমিৎ অমদা,

اِنَّآ اَرْسَلْنَا عَلَيْهِمْ رِيْحًا صَرْصَرًا فِيْ يَوْمِ نَحْسٍ مُّسْتَمِرٍّ ﴿٢٠﴾

২১। মদুনা মুমদোকখি মীশিংবু মরু ফুক্তোকখ্রবা খজুর পাম্বীশিংগী মউগুম্না।

تَنْزِعُ النَّاسَ كَاَنَّهُمْ اَعْجَازُ نَخْلٍ مُّنْقَعِرٍ ﴿٢١﴾

২২। মরমদুনা কয়া য়াম্না (শাথীখ্রবা) ঐগী রায়েল-চৈরাক অমসুং ঐগী পাওমেন (মখোইগী মথক্তা)!

فَكَيْفَ كَانَ عَذَابِيْ وَنُذُرِ ﴿٢٢﴾

২৩। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা শেমখি কুরআনবু লায়না (খঙনবা অমসুং) নীংশিঙনবা, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা (মী)না মপুকনিং চঙব্রা (মসিদা) ?

وَلَقَدْ يَسَّرْنَا الْقُرْاٰنَ لِلذِّكْرِ فَهَلْ مِنْ مُّدَّكِرٍ ﴿٢٣﴾ ع

২ শুবা রুকূ

২৪। সমূদ (কাঙলুপ)সু (হৈজ-অওইথি য়ারা ললয়াম লোইবনা) য়াখিদে চেকশন-রা-হায়বশিংবু।

كَذَّبَتْ ثَمُوْدُ بِالنُّذُرِ ﴿٢٤﴾

২৫। মরমদুনা মখোইনা হায়খিঃ "করি! ঐখোইনা হেক্তমক তুং ইনগদ্রা মী অমগী ঐখোইগী ইরক্তগী? অদুম তৌরবদি ঐখোই তশেংনমক ওইগনি অরান্নবা অমসুং নাতৈ চাদবা অঙাওবা।

فَقَالُوْٓا اَبَشَرًا مِّنَّا وَاحِدًا نَّتَّبِعُهٗٓ اِنَّآ اِذًا لَّفِيْ ضَلٰلٍ وَّسُعُرٍ ﴿٢٥﴾

২৬। নীংশিঙহনবগী পোৎ অদু শীম্নখ্রা মঙোন্তদা ঐখোই (মতিকচাবা মী অসুপ য়াম্ব)গী মরক্তগী? নত্তে, মহাকসে নাপলচাওবা মীনম্বনি।

ءَاُلْقِيَ الذِّكْرُ عَلَيْهِ مِنْۢ بَيْنِنَا بَلْ هُوَ كَذَّابٌ اَشِرٌ ﴿٢٦﴾

سَيَعْلَمُونَ غَدًا مَّنِ الْكَذَّابُ الْأَشِرُ ﴿٢٦﴾

২৭। (তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা হায়বিখি মখোইগী নবীদা) "হয়েং (দা মঙাইরে) মখোই খঙলগনি কনানো নাপলচাওবা মীনম্বা!

إِنَّا مُرْسِلُوا النَّاقَةِ فِتْنَةً لَّهُمْ فَارْتَقِبْهُمْ وَاصْطَبِرْ ﴿٢٧﴾

২৮। "ঐখোইনা শোয়দনমক থাবিগনি উট অমোম অমা চাং য়েংনবা মখোইগীদমক্তা: মরমদুনা ঙাইয়ু মখোইবু (হে সালিহ!) অমসুং খাংঙু (মখোইনা ঈকাইবা পীবদু)।

وَنَبِّئْهُمْ أَنَّ الْمَاءَ قِسْمَةٌ بَيْنَهُمْ كُلُّ شِرْبٍ مُّحْتَضَرٌ ﴿٢٨﴾

২৯। "অদুগা হায়য়ু মখোইদা (থক্নবা) ঈশিংদু য়েন্নে মখোইগী মরক্তুদা, তৌইগুম্বসুং (উট অমোমদু) ঈশিং পিথকপা মতম খুদিংদা মা য়াওবা য়াগনি।"

فَنَادَوْا صَاحِبَهُمْ فَتَعَاطَىٰ فَعَقَرَ ﴿٢٩﴾

৩০। তৌইগুম্বসুং মখোইনা কৌখি মখোইগী (তৌঙম্বা) মরূপ, মহাকনা ককখি মাবু মফেগল।

فَكَيْفَ كَانَ عَذَابِي وَنُذُرِ ﴿٣٠﴾

৩১। অদুগী মতমদা কয়া য়াম্না (অকিবগী মশক ওইখ্রবা) ঐগী রায়েল-চৈরাক অমসুং ঐগী পাওমেন!

إِنَّا أَرْسَلْنَا عَلَيْهِمْ صَيْحَةً وَاحِدَةً فَكَانُوا كَهَشِيمِ الْمُحْتَظِرِ ﴿٣١﴾

৩২। তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখি মখোইগী মায়োক্তা পোকখায়হনবা অমা (য়ুহারাবগা লোয়নখিবা), অদুনা মখোই ওইখি অকংবা চরূখোকগুম, খোঙপাকনা নেৎথৎপিখ্রবা।

وَلَقَدْ يَسَّرْنَا الْقُرْآنَ لِلذِّكْرِ فَهَلْ مِن مُّدَّكِرٍ ﴿٣٢﴾

৩৩। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা শেমখি কুরআনবু লায়না (খঙনবা অমসুং) নীংশিঙনবা, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা (মী)না মপুকনিং চঙব্রা (মসিদা)?

كَذَّبَتْ قَوْمُ لُوطٍ بِالنُّذُرِ ﴿٣٣﴾

৩৪। লুতকী মীশিংন(সু) য়াখিদে চেকশন-ব্রা-হায়বশিংবু।

إِنَّا أَرْسَلْنَا عَلَيْهِمْ حَاصِبًا إِلَّا آلَ لُوطٍ نَّجَّيْنَاهُم بِسَحَرٍ ﴿٣٤﴾

৩৫। তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখি মখোইদা নুং পুবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমা মখোইগী মথক্তা নত্তনা লুতকী মতুং ইনবশিং, মখোইবুদি ঐখোইনা কনবিখি নোংঙাল্লকপা হৌবদা,

৩৬। মদু চানবিবনি ঐখোইদগী। অসুম্না ঐখোইনা পী, মহে তৌবিমল খঙবা মীবু।

نِّعۡمَةً مِّنۡ عِنۡدِنَا ؕ كَذٰلِكَ نَجۡزِىۡ مَنۡ شَكَرَ ﴿۳۵﴾

৩৭। অদুগা মহাকনা তশেংনমক চেকশন্নবা হায়বিখি মখোইবু ঐখোইগী (তমথীবা) রায়েল-চৈরাক্কী, তৌইগুম্বসুং মখোইনা চিংনখি চেকশনহন্নবগীদমক তৌখিবা পাওমেন্দু।

وَلَقَدۡ اَنۡذَرَهُمۡ بَطۡشَتَنَا فَتَمَارَوۡا بِالنُّذُرِ ﴿۳۶﴾

৩৮। অদুগা তশেংবমক মখোইনা হোৎনখি মমায় ওথোকহন্নবগী মহাকপু মহাক্কী যুমথুংল-বশিংদগী (মখোইবু ফত্তনা তৌনীংদুনা)। মরমদুনা ঐখোইনা তাংহনবিখি মখোইগী মমিৎশিং (অমসুং হায়বিখিঃ) "হৌজিক নখোই তংঙু মহাউ ঐগী রায়েল-চৈরাক অমসুং ঐগী চেকশনহন্নবগী পাওমেন।"

وَلَقَدۡ رَاوَدُوۡهُ عَنۡ ضَيۡفِهٖ فَطَمَسۡنَاۤ اَعۡيُنَهُمۡ فَذُوۡقُوۡا عَذَابِىۡ وَنُذُرِ ﴿۳۷﴾

৩৯। অদুগা তশেংনমক অয়ুক অঙনবদা কুইনা খাঙবা রায়েল-চৈরাকনা লাঙ্গোয় চনবিখি মখোইবু।

وَلَقَدۡ صَبَّحَهُمۡ بُكۡرَةً عَذَابٌ مُّسۡتَقِرٌّ ﴿۳۸﴾

৪০। (অমসুং ঐখোইনা হায়বিখিঃ) "হৌজিক নখোই তংঙু মহাউ ঐগী রায়েল-চৈরাক অমসুং ঐগী চেকশনহন্নবগী পাওমেন।"

فَذُوۡقُوۡا عَذَابِىۡ وَنُذُرِ ﴿۳۹﴾

৪১। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা শেমখি কুরআনবু লায়না (খঙনবা অমসুং) নীংশিঙনবা, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা (মী)না মপুকনিং চঙব্রা (মসিদা)?

ع وَلَقَدۡ يَسَّرۡنَا الۡقُرۡاٰنَ لِلذِّكۡرِ فَهَلۡ مِنۡ مُّدَّكِرٍ ﴿۴۰﴾

৩ শুবা রুকূ

৪২। অদুগা তশেংবমক লাকখি ফিরঔনগী মীশিংদা চেকশন্নবগী হায়বিবশিংঃ

وَلَقَدۡ جَآءَ اٰلَ فِرۡعَوۡنَ النُّذُرُ ﴿۴۱﴾

৪৩। মখোইনা (নাপল-মিত্তাংনদুনা) য়াখিদে ঐখোইগী খুদম পুম্নমক। মরমদুনা ঐখোইনা ফাবিখি মখোইবু ফাবগুম্না পাঙ্গলবা (অমসুং) শক্তি পুম্নমক লৈবনা।

كَذَّبُوۡا بِاٰيٰتِنَا كُلِّهَا فَاَخَذۡنٰهُمۡ اَخۡذَ عَزِيۡزٍ مُّقۡتَدِرٍ ﴿۴۲﴾

৪৪। (হে ধর্ম্ম চত্তবশিং!) নখোইগী অচুম্বা থাজদবশিংনা হেন্না ফব্রা (ফিরঔনগী মীশিং)

اَكُفَّارُكُمۡ خَيۡرٌ مِّنۡ اُولٰٓئِكُمۡ اَمۡ لَكُمۡ بَرَآءَةٌ فِى

الزُّبُرِ ﴿٤٣﴾

মখোই অদুদগী? নত্ত্রগা নখোইবু (রায়েল-চৈরাক্তগী) কায়থোক্লবনি হায়বা লৈরব্রা ধর্ম্ম শাস্ত্রশিংদা?

أَمْ يَقُولُونَ نَحْنُ جَمِيعٌ مُّنتَصِرٌ ﴿٤٤﴾

৪৫। নত্ত্রগা মখোইনা হায়ব্রাঃ "ঐখোইসি লানঙম্বা তেঙ্গোল অমনি?"

سَيُهْزَمُ الْجَمْعُ وَيُوَلُّونَ الدُّبُرَ ﴿٤٥﴾

৪৬। তেঙ্গোলশিংদু থুনা মায়থীবা পীখ্রগনি অমসুং তুং হন্দোক খ্রগনি (চেনবগী)।

بَلِ السَّاعَةُ مَوْعِدُهُمْ وَالسَّاعَةُ أَدْهَىٰ وَأَمَرُّ ﴿٤٦﴾

৪৭। মদু নত্তে, (মখোইবু মায়থীবা পীবগী) পুংজাদু মখোইগী রাশকপিখিবা মতমনি (রায়েল-চৈরাক পীবগী), অমসুং পুংজাদু য়েৌনা খুদোংথীবনি অমসুং খম থেংনা থম্মোই শোকপনি।

إِنَّ الْمُجْرِمِينَ فِي ضَلَالٍ وَسُعُرٍ ﴿٤٧﴾

৪৮। তশেংবমক মরাল লৈরবশিং লম্মুক্লরবনি অমসুং নাতে চাদবা অঙাওবনি।

يَوْمَ يُسْحَبُونَ فِي النَّارِ عَلَىٰ وُجُوهِهِمْ ذُوقُوا مَسَّ سَقَرَ ﴿٤٨﴾

৪৯। নুমিৎ অদুদা মখোইবু শোরো শোরো চিংথবদা মৈকোন্দা মমায়শিং উপ্লা (মখোইদা অসি হায়বিগনিঃ) "নখোই তংঙু মহাউ নরক্কী।"

إِنَّا كُلَّ شَيْءٍ خَلَقْنَاهُ بِقَدَرٍ ﴿٤٩﴾

৫০। তশেংবমক, ঐখোইনা শেমখি পোৎ খুদিংমক (অরেপ্পা) চাংদা।

وَمَا أَمْرُنَا إِلَّا وَاحِدَةٌ كَلَمْحٍ بِالْبَصَرِ ﴿٥٠﴾

৫১। অদুগা ঐখোইগী হুকুমদি রাহে অমতনি, (মদুগী ফলসু) মিৎনা কুপ্পগুম্বনি।

وَلَقَدْ أَهْلَكْنَا أَشْيَاعَكُمْ فَهَلْ مِن مُّدَّكِرٍ ﴿٥١﴾

৫২। অদুগা, তশেংবমক, ঐখোইনা মাঙহনবিখ্রে (জাতি কয়া) নখোইগুম্বা; তৌইগুমবসুং কনাগুম্বা (মী)না মপুকনিং চঙব্রা (মসিদা)?

وَكُلُّ شَيْءٍ فَعَلُوهُ فِي الزُّبُرِ ﴿٥٢﴾

৫৩। অদুগা মখোইনা তৌবা খুদিংমক ইশন্দুনা থমই কিতাবশিংদা।

وَكُلُّ صَغِيرٍ وَكَبِيرٍ مُّسْتَطَرٌ ﴿٥٣﴾

৫৪। অদুগা অপিকপা অমসুং অচৌবা (থবক) খুদিং (মখোইনা তৌবা) ইশল্লি।

إِنَّ الْمُتَّقِينَ فِي جَنَّاتٍ وَنَهَرٍ ﴿٥٤﴾

৫৫। তশেংবমক, ধর্ম্ম ফম্বৈনবশিংদি লৈগনি হৈকোন-লৈকোনশিং অমসুং তুরেলশিংগী মরক্তা (নুংঙাই-য়াইফবতা শরুক্লদুনা),

৫৬। (ঙন্দুনা) অচুম্বগী ফম্মেনথক্তা মনাক্তা শক্তি শালী ওইবা নিংথৌরেনগী।

فِىْ مَقْعَدِ صِدْقٍ عِنْدَ مَلِيْكٍ مُّقْتَدِرٍ ۝٥٥



## سُوْرَةُ الرَّحْمٰنِ مَكِّيَّةٌ



অল-রহমান সূরহ ৫৫

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৭৯ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝١

২। থৌজালহৈবা অল্লাহ,

اَلرَّحْمٰنُ ۝٢

৩। মহাকনা তম্বিখি কুরআন।

عَلَّمَ الْقُرْاٰنَ ۝٣

৪। মহাকনা শেম-শাখি তাইবঙ মীবু,

خَلَقَ الْاِنْسَانَ ۝٤

৫। তম্বিখি মহাকপু ৱা ঙাঙবা।

عَلَّمَهُ الْبَيَانَ ۝٥

৬। নুমিৎ অমসুং থানা (চৎলি মখোইগী লম্বেল) লেপখিবা হিসাবকী মতুংইন্না,

اَلشَّمْسُ وَالْقَمَرُ بِحُسْبَانٍ ۝٦

৭। অদুগা নাপী শীংনাংনচিংবা পাম্বীশিং অমসুং উপাল ৱাপালশিংনা ভক্তি কৎচৈ (মহাকপু)।

وَّالنَّجْمُ وَالشَّجَرُ يَسْجُدٰنِ ۝٧

৮। অদুগা মহাকনা ৱাংনা থাংগৎলি স্বর্গবু অমসুং লেপই চাং (ৱায়েল বিচারগী),

وَالسَّمَاۤءَ رَفَعَهَا وَوَضَعَ الْمِيْزَانَ ۝٨

৯। অদুনা নখোইনা ৱাংমা লান্দনবা (লেপখিবা) চাং অদু।

اَلَّا تَطْغَوْا فِى الْمِيْزَانِ ۝٩

১০। অদুগা থম্মু চাং অদু অচুম্বগা লোয়নননা অমসুং কদৌঙেদসু চাং তাগনু (তিন্নবা মরূপ-মপিজাশিংদা)।

وَاَقِيْمُوا الْوَزْنَ بِالْقِسْطِ وَلَا تُخْسِرُوا الْمِيْزَانَ ۝١٠

১১। অদুগা মহাকনা থম্বিখি পৃথিবীসে (মহাক্কী) জীবশিংগীদমক,

وَالْاَرْضَ وَضَعَهَا لِلْاَنَامِ ۝١١

১২। মদুগী মনুংদা লৈ উহৈ (মখল পুম্নমক) অমসুং খজুর পাম্বীশিং মদুগী মপান চরোং-চরোং মখুমনা ইয়োম-য়োমশল্লি ;

فِيْهَا فَاكِهَةٌ ۙ وَّالنَّخْلُ ذَاتُ الْاَكْمَامِ ۝١٢

১৩। অমসুং মহৈ-মরোং মকু পানবশিং অমসুং মনম নুংশিবা পাম্বীশিং।

وَالْحَبُّ ذُو الْعَصْفِ وَالرَّيْحَانُ ۝١٢

১৪। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ۝١٣

১৫। মহাকনা শেন-শাখি তাইবঙ মীবু ক্রং-ক্রং কংবা লৈবাক্কুগী চফু চনাইগুম,

خَلَقَ الْإِنْسَانَ مِنْ صَلْصَالٍ كَالْفَخَّارِ ۝١٤

১৬। অমসুং মহাকনা শেংখি জিনবু য়াম্না শাবা মৈদগী:

وَخَلَقَ الْجَانَّ مِنْ مَارِجٍ مِنْ نَارٍ ۝١٥

১৭। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ۝١٦

১৮। (মহাক্তি) মপুনি নোংপোক অনিগী অমসুং মপুনি নোংচুপ অনিগী:

رَبُّ الْمَشْرِقَيْنِ وَرَبُّ الْمَغْرِبَيْنِ ۝١٧

১৯। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ۝١٨

২০। মহাকনা চেনহল্লি সমুদ্র ঈপাক অনি — মখোই শম্নগনি (নুমিৎ অমদা),

مَرَجَ الْبَحْرَيْنِ يَلْتَقِيَانِ ۝١٩

২১। মখোই অনিগী মরক্তা হৌজিক পল অমা লৈ, মখোই লানশন্দে (অমনা অমগী লমদা)।

بَيْنَهُمَا بَرْزَخٌ لَا يَبْغِيَانِ ۝٢٠

২২। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ۝٢١

২৩। মখোই অনিদগী থোকই মুক্তাশিং অমসুং পোহাল।

يَخْرُجُ مِنْهُمَا اللُّؤْلُؤُ وَالْمَرْجَانُ ۝٢٢

২৪। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ۝٢٣

২৫। অদুগা মহাক্কীনি জহাজশিং হোল্লিবা সমুদ্র ঈমায়থক্তা (নোংদোল-নোংলেন নোংখায়ননা লেপ্পা) চীংজাওশিংগুম।

وَلَهُ الْجَوَارِ الْمُنْشَآتُ فِي الْبَحْرِ كَالْأَعْلَامِ ۝٢٤

২৬। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ۝٢٥

২ শুবা রুকূ

২৭। (পৃথিবীদা)লৈবা পুম্নমক মাঙ-তাক্কনি;

كُلُّ مَنْ عَلَيْهَا فَانٍ ۝٢٦

২৮। তৌইগুম্বসুং মতমপুম্বা লেঙদনা লৈগদবদি চেংলৌ মায়থোং অপানবা নংগী মপুতনি—ঙাক্থোইনা চাঁংলেম্বা অমসুং ইজ্জৎকী মপুনি।

وَّيَبْقٰى وَجْهُ رَبِّكَ ذُو الْجَلٰلِ وَالْاِكْرَامِ ۝٢٧

২৯। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِاَيِّ اٰلَاۤءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٢٨

৩০। স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদা লৈবা পুম্নমক্না নীক্তে মঙোন্দা। নুমিৎ খুদিং মহাকনা (ফোংদোকচ মহাকমকপু) তোঙান-তোঙানবা শক্লেদা।

يَسْـَٔلُهٗ مَنْ فِى السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۚ كُلَّ يَوْمٍ هُوَ فِىْ شَاْنٍ ۝٢٩

৩১। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِاَيِّ اٰلَاۤءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٣٠

৩২। থুনা ঐখোইনা (রা) লেপ্পিগনি নখোইগী রাফম, হে ভেঙ্গোল অনি!

سَنَفْرُغُ لَكُمْ اَيُّهَ الثَّقَلٰنِ ۝٣١

৩৩। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِاَيِّ اٰلَاۤءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٣٢

৩৪। হে জিন অমসুং মীগী কাঙলুপ! নখোইগী নপাঙ্গল লৈরবদি চৎপা হেন্দোক্লু চিদাইরাইগী লম স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী, অদু ওইরবদি চৎলো: তৌইগুম্বসুং নখোই ঙমলোই চৎপা (ঐখোইগী) হুকুম নস্তনা।

يٰمَعْشَرَ الْجِنِّ وَالْاِنْسِ اِنِ اسْتَطَعْتُمْ اَنْ تَنْفُذُوْا مِنْ اَقْطَارِ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ فَانْفُذُوْا ۚ لَا تَنْفُذُوْنَ اِلَّا بِسُلْطٰنٍ ۝٣٣

৩৫। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِاَيِّ اٰلَاۤءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٣٤

৩৬। নখোইগী মায়োক্তা থাবিরক্কনি মৈগী মৈরি অমসুং মৈখু, অদুগী মতমদা নখোই ঙমলোই ঙাক্চবা নশামকপু (মদুদগী)।

يُرْسَلُ عَلَيْكُمَا شُوَاظٌ مِّنْ نَّارٍ ۙ وَّنُحَاسٌ فَلَا تَنْتَصِرٰنِ ۝٣٥

৩৭। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِاَيِّ اٰلَاۤءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٣٦

৩৮। স্বর্গনা মচেৎ থোক্লা কায়রকপদা, অমসুং অঙাংবা শউনগুম ঙাংশিল্লকপদা (মদু কয়াদা তমথীখ্রবা নুমিৎ ওইগদবা!)

فَاِذَا انْشَقَّتِ السَّمَاۤءُ فَكَانَتْ وَرْدَةً كَالدِّهَانِ ۝٣٧

৩৯। মরমদুনা,. করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٣٩

৪০। মরমদুনা নুমিৎ অদুদা মী নত্রগা জিন কনামতবু রা হংবিরোই মাগী মাগী মপাপকী মরমদা।

فَيَوْمَئِذٍ لَّا يُسْـَٔلُ عَنْ ذَنْۢبِهٖٓ اِنْسٌ وَّلَا جَآنٌّ ۝٤٠

৪১। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٤١

৪২। মরাল লৈরবশিং মশক হেক্তমক খঙগনি মখোইগী মার্কাশিংদগী, অমসুং মখোইবু ফাবিগনি পায়দুনা মখোইগী লুমাং-শম অমসুং মখোঙশিং।

يُعْرَفُ الْمُجْرِمُوْنَ بِسِيْمٰهُمْ فَيُؤْخَذُ بِالنَّوَاصِيْ وَالْاَقْدَامِ ۝٤٢

৪৩। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٤٣

৪৪। মসি যম লৈবাক অদুনি মরাল লৈবশিংনা চুমদবনি হায়রম্বদু।

هٰذِهٖ جَهَنَّمُ الَّتِيْ يُكَذِّبُ بِهَا الْمُجْرِمُوْنَ ۝٤٤

৪৫। মরক্তা মদুগী অমসুং ক্রুং-ক্রুং শৌবা ঈশিংগী মখোই চৎকনি কোয়থুং- থুংনা।

يَطُوْفُوْنَ بَيْنَهَا وَبَيْنَ حَمِيْمٍ اٰنٍ ۝٤٥

৪৬। মরমদুনা করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٤٦

৩ শুবা রুকূ

৪৭। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা মীওই মহাকনা লেপ্পা কিজরম্বা (রায়েলশঙ) মমাংদা মহাক্কী মপুগী, লৈ (শেম শাদুনা) হৈকোন-লৈকোন অনি।

وَلِمَنْ خَافَ مَقَامَ رَبِّهٖ جَنَّتٰنِ ۝٤٧

৪৮। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٤٨

৪৯। (হৈকোন-লৈকোন অনি অদুদা লৈ মখল-মখালগী (উপাম্বীশিং অমসুং নুংঙাই-বশিং)।

ذَوَاتَآ اَفْنَانٍ ۝٤٩

৫০। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٥٠

৫১। মখোই অনিদুদা (লিকলাই মহীনরবী) ঈফুৎ অনি ঈচেল্লি (অপন-অরাক লৈতনা)।

فِيْهِمَا عَيْنٰنِ تَجْرِيٰنِ ۝٥١

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿٥١﴾

৫২। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فِيهِمَا مِن كُلِّ فَاكِهَةٍ زَوْجَانِ ﴿٥٢﴾

৫৩। মদুগী মনুংদা উহৈ মখল খুদিং অনি-অনি পাল্লি।

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿٥٣﴾

৫৪। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

مُتَّكِئِينَ عَلَىٰ فُرُشٍ بَطَائِنُهَا مِنْ إِسْتَبْرَقٍ ۚ وَجَنَى الْجَنَّتَيْنِ دَانٍ ﴿٥٤﴾

৫৫। মখোই হিপথগনি মথক্তা গালিচা ফিদাশিংগী—মদুগী ফিগা ওইগনি সনা হৎপা রেশম ফিনা। অদুগা হৈকোন অনিদুগী অমুনবা উহৈশিং (য়াম্থগনি) মখোইনা লাম্বা ফংনা।

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿٥٥﴾

৫৬। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فِيهِنَّ قَاصِرَاتُ الطَّرْفِ لَمْ يَطْمِثْهُنَّ إِنسٌ قَبْلَهُمْ وَلَا جَانٌّ ﴿٥٦﴾

৫৭। মদুগী মনুংদা লৈগনি (মখোইগী সেবা-রোইশিং ওইনা অশেংবী লৈশাবীশিং) মিৎয়েং চোয়দা য়েংদবী (থম্মোই খুদিং হুনঙাই ওইরবী)—মখোইদু মী নত্ত্রগা জিন কনামতনা শোকখিদরিবনি মখোইগী মমাংদা।

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿٥٧﴾

৫৮। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

كَأَنَّهُنَّ الْيَاقُوتُ وَالْمَرْجَانُ ﴿٥٨﴾

৫৯। (ফজবদা) মখোই (নীক—নীক লাউনা লৈরবা) লালমণি অমসুং পোহালগুম্বনি।

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿٥٩﴾

৬০। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

هَلْ جَزَاءُ الْإِحْسَانِ إِلَّا الْإِحْسَانُ ﴿٦٠﴾

৬১। অফবা (থবক্কী) মহৈ অফবা নত্তবা করিগুম্বা পোৎনা ওইবা য়াব্রা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿٦١﴾

৬২। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

وَمِن دُونِهِمَا جَنَّتَانِ ﴿٦٢﴾

৬৩। অমসুং (হৈকোন-লৈকোন) অনিসি নত্তবা, (অতোপ্পা) হৈকোন-লৈকোন অনি লৈ।

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿٦٣﴾

৬৪। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

৬৫। (মদুদা হৌবা পাম্বী পুম্নমক) শমুক কাদুনা উনা-পুংবনি।

مُدْهَآمَّتٰنِ ﴿٦٤﴾

৬৬। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِاَیِّ اٰلَآءِ رَبِّکُمَا تُکَذِّبٰنِ ﴿٦٥﴾

৬৭। মদুদা তরং-ঈচেন্নরবী ঈফুৎ অনিসু লৈ।

فِیْهِمَا عَیْنٰنِ نَضَّاخَتٰنِ ﴿٦٦﴾

৬৮। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِاَیِّ اٰلَآءِ رَبِّکُمَا تُکَذِّبٰنِ ﴿٦٧﴾

৬৯। মখোই অনিদুদা হৌরি উহৈশিং (মখল খুদিং, অমসুং খজুরশিং অমসুং কাফোইশিং।

فِیْهِمَا فَاکِهَةٌ وَّنَخْلٌ وَّرُمَّانٌ ﴿٦٨﴾

৭০। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِاَیِّ اٰلَآءِ رَبِّکُمَا تُکَذِّبٰنِ ﴿٦٩﴾

৭১। মদুগী মনুংদা লৈ শক-ফজবী, শকওং-শাদা নিংথৌজরবী (কুমারীশিং)।

فِیْهِنَّ خَیْرٰتٌ حِسَانٌ ﴿٧٠﴾

৭২। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِاَیِّ اٰلَآءِ رَبِّکُمَا تُکَذِّبٰنِ ﴿٧١﴾

৭৩। শকহেনবী লৈশাবীশিং মমিৎশিং মচু অমুবা য়ৌনা ফজখ্রবা (থম্মোই খুদিং হুনভাই মিৎশ্না-থম্বাল-মানবী) ঙাক-শেন্দুনা থমখ্রবা তম্বুর মনুংশিংদা।

حُوْرٌ مَّقْصُوْرٰتٌ فِی الْخِیَامِ ﴿٧٢﴾

৭৪। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِاَیِّ اٰلَآءِ رَبِّکُمَا تُکَذِّبٰنِ ﴿٧٣﴾

৭৫। মখোইদু মী নত্রগা জিন কনামতনা শোকখিদরিবনি মখোইগী মমাংদা।

لَمْ یَطْمِثْهُنَّ اِنْسٌ قَبْلَهُمْ وَلَا جَآنٌّ ﴿٧٤﴾

৭৬। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِاَیِّ اٰلَآءِ رَبِّکُمَا تُکَذِّبٰنِ ﴿٧٥﴾

৭৭। (মদুদা মখোই হরাওবমখৈ হরাওগনি নুংঙাইবমখৈ নুংঙাইগনি) হিপথদুনা অশংবা গদ্দী অমসুং ফজখ্রবা গালিচা ফিদা মথক্তা।

مُتَّکِـِٕیْنَ عَلٰی رَفْرَفٍ خُضْرٍ وَّعَبْقَرِیٍّ حِسَانٍ ﴿٧٦﴾

৭৮। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِاَیِّ اٰلَآءِ رَبِّکُمَا تُکَذِّبٰنِ ﴿٧٧﴾

৭৯। য়াইফখোল লৈবনি কোলোয় মিংলেন্দি নংগী মপুগী, (মহাক্তি) ঙাম্থোইনা চীংলেম্বা অমসুং ইজ্জৎকী মপুনি।

تَبٰرَكَ اسْمُ رَبِّكَ ذِى الْجَلٰلِ وَالْاِكْرَامِ ﴿٧٨﴾

## سُوْرَةُ الْوَاقِعَةِ مَكِّيَّةٌ (٥٦)

অল-ৱাকি'অহ — সূরহ ৫৬

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৯৭ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

২। (নাম্থোকপা য়াদ্রবা) থৌদোক অদু লাকলবা মতমদা,

اِذَا وَقَعَتِ الْوَاقِعَةُ ﴿١﴾

৩। মদু থোক্কনি হায়বদা মীনম্বনি কনানসু হায়বা ঙমদে।

لَيْسَ لِوَقْعَتِهَا كَاذِبَةٌ ﴿٢﴾

৪। (খরবু) মসিনা তোম্থহনবিগনি, (অতোপ্পবু) মসিনা ৱাংখৎহনবিগনি।

خَافِضَةٌ رَّافِعَةٌ ﴿٣﴾

৫। পৃথিবীনা য়ুহারাদুনা (চেংখৈ য়াংকোক্লবা) নীকলবা মতমদা,

اِذَا رُجَّتِ الْاَرْضُ رَجًّا ﴿٤﴾

৬। অমসুং চীংজাওশিং মচেৎ-মচেৎ কায়দুনা পুমনীং-নীংখায়রবদা,

وَّبُسَّتِ الْجِبَالُ بَسًّا ﴿٥﴾

৭। মখোই উফুলগুম ওইদুনা কোয়চাই চাই-খায়গনি।

فَكَانَتْ هَبَآءً مُّنْۢبَثًّا ﴿٦﴾

৮। অদুগা নখোই (মীওইবশিং)বু (খায়দোক্কনি) কাঙলুপ অহুম থোক্লা ঃ

وَّكُنْتُمْ اَزْوَاجًا ثَلٰثَةً ﴿٧﴾

৯। (অহানবা) য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিং, কয়া য়াম্মা (লাইবক ফত্রবা) য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিংদো!

فَاَصْحٰبُ الْمَيْمَنَةِ ۙ مَاۤ اَصْحٰبُ الْمَيْمَنَةِ ﴿٨﴾

১০। (অনিশুবা) ওইথংবা খুৎকী মরূপশিং, কয়া য়াম্মা (লাইবক থীত্রবা) ওইথংবা খুৎকী মরূপশিংদো!

وَاَصْحٰبُ الْمَشْـَٔمَةِ ۙ مَاۤ اَصْحٰبُ الْمَشْـَٔمَةِ ﴿٩﴾

১১। অমসুং (অহুমশুবা) চৈকোক থংবশিং, মখোই খ্বাইগী মকোক থোংবশিংনি ;

وَالسّٰبِقُوْنَ السّٰبِقُوْنَ ﴿١١﴾

১২। মখোইসি মনাক নকপশিংনি (অল্লাহদা) ;

اُولٰٓئِكَ الْمُقَرَّبُوْنَ ﴿١٢﴾

১৩। মখোই লৈগনি (মতমপুম্বদা) থোইদোক্না নুংঙাইখ্রবা হৈকোন-লৈকোনশিংদা।

فِيْ جَنّٰتِ النَّعِيْمِ ﴿١٣﴾

১৪। (অৱাংবা থাক অসি ফংগনি) মী য়াম্না মাংজিনগুঙগী (মুসলিমশিংগী) মরক্তগী,

ثُلَّةٌ مِّنَ الْاَوَّلِيْنَ ﴿١٤﴾

১৫। অমসুং মী খরতা অকোনবা মতমগী।

وَقَلِيْلٌ مِّنَ الْاٰخِرِيْنَ ﴿١٥﴾

১৬। (মখোই লৈগনি লৈকোন্নুংদা) পোখাদুনা গদ্দী মথক্তা মদু সনা অমসুং মণি-মুক্তা থাম্বনি,

عَلٰى سُرُرٍ مَّوْضُوْنَةٍ ﴿١٦﴾

১৭। হিপথগনি মদুগী মথক্তা, অমগা অমগা মায় ওনশন্নদুনা।

مُّتَّكِـِٕيْنَ عَلَيْهَا مُتَقٰبِلِيْنَ ﴿١٧﴾

১৮। ঙাইদুনা লৈবা পাখঙ সেবারোইশিং মতমচুপ্পা পোমশাৎনদুনা লৈগদৌবনা চত্তুনা লৈগনি (সেবাগী) মখোইগী অকোয়বদা,

يَطُوْفُ عَلَيْهِمْ وِلْدَانٌ مُّخَلَّدُوْنَ ﴿١٨﴾

১৯। পুদুনা কপশিং অমসুং জগশিং অমসুং গিলাসশিং (থম্না) হাপ্তুনা (লিক্লাই মহীনরবা) ঈফুৎকী ঈশিং।

بِاَكْوَابٍ وَّاَبَارِيْقَ ۙ وَكَاْسٍ مِّنْ مَّعِيْنٍ ﴿١٩﴾

২০। মদু (থকপ) না মখোইবু কোক চিকহল্লোই নত্তগা মখোইবু ময়ায় কাহল্লোই,

لَّا يُصَدَّعُوْنَ عَنْهَا وَلَا يُنْزِفُوْنَ ﴿٢٠﴾

২১। অমসুং (পুদুনা) অসিগুম্বা উহৈশিং মখোইনা খনবা-খনবদু,

وَفَاكِهَةٍ مِّمَّا يَتَخَيَّرُوْنَ ﴿٢١﴾

২২। অমসুং শা চেকলা উচেকশিংগী মখোইনা পাম্বা-পাম্বদু।

وَلَحْمِ طَيْرٍ مِّمَّا يَشْتَهُوْنَ ﴿٢٢﴾

২৩। অদুগা (মদুগী মনুংদা লৈগনি মখোইগী সেবাগীদমক) শকহেনবী লৈশাবীশিং মমিৎশিং তরাও-তরাওবী য়ৌনা ফজখ্রবা (থম্মোই খুদিং হুনঙাই মিৎ স্না থম্বাল মানবী),

وَحُوْرٌ عِيْنٌ ﴿٢٣﴾

২৪। (মখোইদু) মুক্তাগুম্বনি (কুয়োমদা) লোৎশন্দুনা লৈবা,

كَاَمْثَالِ اللُّؤْلُؤِ الْمَكْنُوْنِ ﴿٢٤﴾

২৫। (পুম্নমকসি) মনা-মথিননি মখোইনা তৌজখিবগী (অফবশিং)।

جَزَآءًۢ بِمَا كَانُوْا يَعْمَلُوْنَ ﴿٢٤﴾

২৬। মখোইনা তারোই মদুগী মনুংদা চোয়ঙাঙ নঙ্গা পাপকী ৱারী-ৱাতাই,

لَا يَسْمَعُوْنَ فِيْهَا لَغْوًا وَّلَا تَاْثِيْمًا ﴿٢٥﴾

২৭। নত্তনা তরাম-তরাম্না ওকপগী (ৱাহৈ) "সলাম! সলাম!"

اِلَّا قِيْلًا سَلٰمًا سَلٰمًا ﴿٢٦﴾

২৮। অদুগা য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিং, কয়া য়াম্না (লাইবক ফজ্রবা) য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিংদো!

وَاَصْحٰبُ الْيَمِيْنِ ۙ۬ مَآ اَصْحٰبُ الْيَمِيْنِ ﴿٢٧﴾

২৯। (মখোই) লৈগনি মরক্তা তিংখং পান্দবা সিদরহ পাম্বীশিংগী (নুংঙাইবা ফম্বৈনদুনা),

فِيْ سِدْرٍ مَّخْضُوْدٍ ﴿٢٨﴾

৩০। অমসুং (গে-গে লাউনা হৌবা) লফু পাম্বী চবুনগী,

وَّطَلْحٍ مَّنْضُوْدٍ ﴿٢٩﴾

৩১। অমসুং শন্দোকলবা উরুম (মখাদা),

وَّظِلٍّ مَّمْدُوْدٍ ﴿٣٠﴾

৩২। অমসুং ৱা-ৱা-ৱা লাউনা হাদোরকপা ঈশিং (মনাক্তা),

وَّمَآءٍ مَّسْكُوْبٍ ﴿٣١﴾

৩৩। অমসুং মরাংকায়বা উহৈশিংগী (মরক্তা),

وَّفَاكِهَةٍ كَثِيْرَةٍ ﴿٣٢﴾

৩৪। (মদু) লোয়বা লৈরোই নত্তগা (হাউনা চাবা) থিংবা তৌরোই,

لَّا مَقْطُوْعَةٍ وَّلَا مَمْنُوْعَةٍ ﴿٣٣﴾

৩৫। অমসুং মখোইগী লৈগনি য়াম্না চীংলেম্বা মতালোইশিং ঃ

وَّفُرُشٍ مَّرْفُوْعَةٍ ﴿٣٤﴾

৩৬। তশেংবমক, ঐখোইনা শেম শাবিখি মখোইবু তোপ-তোপ্পা খুৎশেমদা,

اِنَّآ اَنْشَاْنٰهُنَّ اِنْشَآءً ﴿٣٥﴾

৩৭। অমসুং শেমখি মখোইবু (মতমপুম্বদা পোমশাৎনদুনা লৈগদৌবা) লৈশাবীশিং (ওইনা),

فَجَعَلْنٰهُنَّ اَبْكَارًا ﴿٣٦﴾

৩৮। (ফজবা হৈরাংগী অথুম্বা হৈয়োন্দা থোকলবা) নুংশি-শকফম, শামান-লেংমান্নবা,

عُرُبًا اَتْرَابًا ﴿٣٧﴾

৩৯। (পুম্নমকসি নুংঙাইহন্নবগীনি) য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিংগীদমক্তা।

لِّاَصْحٰبِ الْيَمِيْنِ ﴿٣٨﴾

২ শুবা রুকূ

৪০। (থাক অসি ফংগনি) মী য়াম্না মাংজিনবগী (মুসলিমশিংগী) মরক্তগী,

ثُلَّةٌ مِّنَ الْأَوَّلِيْنَ ﴿٣٩﴾

৪১। অমসুং মী য়াম্না অকোনবা (মুসলিমশিংগী) মরক্তগী।

وَثُلَّةٌ مِّنَ الْاٰخِرِيْنَ ﴿٤٠﴾

৪২। তোঁইগুম্বসুং ওইথংবা খুৎকী মরূপশিং, কয়া য়াম্না (লাইবক থীব্রবা) ওইথংবা খুৎকী মরূপশিংদো !

وَ اَصْحٰبُ الشِّمَالِ ۙ مَاۤ اَصْحٰبُ الشِّمَالِ ﴿٤١﴾

৪৩। (মখোই লৈগনি) অশাবা নুংশিৎ অমসুং অশৌবা ঈশিংগী (মরক্তা),

فِىْ سَمُوْمٍ وَّحَمِيْمٍ ﴿٤٢﴾

৪৪। অমসুং অমুবা মৈখুগী মরামদা,

وَّظِلٍّ مِّنْ يَّحْمُوْمٍ ﴿٤٣﴾

৪৫। ঈংবসু ঈংলোই নত্তগা তেকখৎপসু তেকখৎলোই।

لَّا بَارِدٍ وَّلَا كَرِيْمٍ ﴿٤٤﴾

৪৬। তশেংবমক মসিগী মমাংদা মখোই লৈরম্মী (তাইবঙ-পুন্সিদা) রাইশংনা অমসুং নুংঙাইনা ;

اِنَّهُمْ كَانُوْا قَبْلَ ذٰلِكَ مُتْرَفِيْنَ ﴿٤٥﴾

৪৭। অমসুং মখোই অনম কন্নম্মী শাথীবা শাজত্তা ;

وَكَانُوْا يُصِرُّوْنَ عَلَى الْحِنْثِ الْعَظِيْمِ ﴿٤٦﴾

৪৮। অমসুং মখোইনা মশিঙ্গাং ওইনা হায়খিঃ "করি! ঐখোইনা শিগ্রবা মতমদা অমসুং ওইরকত্ত্রবদা উফুল অমসুং শরূ(লুকং), ঐখোইবু তশেংবমক অমুকহন্না হিংগৎহনবিগদৌরিব্রা ?

وَكَانُوْا يَقُوْلُوْنَ ۙ اَئِذَا مِتْنَا وَكُنَّا تُرَابًا وَّعِظَامًا ءَاِنَّا لَمَبْعُوْثُوْنَ ﴿٤٧﴾

৪৯। "অমসুং ঐখোইগী ইপা-ইপুশিং থাইনগী (সু হৌগৎলক্কদৌরিব্রা) ?"

اَوَ اٰبَآؤُنَا الْاَوَّلُوْنَ ﴿٤٨﴾

৫০। হায়য়ুঃ "তশেংবমক অহানবগী অমসুং অকোনবগী (মীরোনশিং)—

قُلْ اِنَّ الْاَوَّلِيْنَ وَالْاٰخِرِيْنَ ﴿٤٩﴾

৫১। "পুম্নমক পুন্নপ পুন্না খোমজনবিগনি (রায়েল বিচারগী) লেপখিবা পুংফমদা (খ্বাইনা) খঙনরবা নুমিৎ অমগী।"

لَمَجْمُوْعُوْنَ ۙ اِلٰى مِيْقَاتِ يَوْمٍ مَّعْلُوْمٍ ﴿٥٠﴾

৫২। "অদুগী তুংদা, হে লম্মুকুথ্রবশিং (অমসুং অচুম্বা পাওজেন) য়াদবশিং !"

ثُمَّ اِنَّكُمْ اَيُّهَا الضَّآلُّوْنَ الْمُكَذِّبُوْنَ ﴿٥١﴾

৫৩। "নখোই চাবা তাই (মহৈ) জক্কুম উপাম্বীগী,"

لَاٰكِلُوْنَ مِنْ شَجَرٍ مِّنْ زَقُّوْمٍ ﴿٥٢﴾

فَمَالِـُٔونَ مِنْهَا الْبُطُونَ ۝٥٣

৫৪। "মদুনা থনগনি নখোইগী নপুকশিং,"

فَشَٰرِبُونَ عَلَيْهِ مِنَ الْحَمِيمِ ۝٥٤

৫৫। "মদুগী মথক্তা নখোই থক্কনি অশৌবা ঈশিং ;"

فَشَٰرِبُونَ شُرْبَ الْهِيمِ ۝٥٥

৫৬। "গর-গর থক্কনি খৌরাংলবা উটনা পেনবা নাইদনা থকপগুম।"

هَٰذَا نُزُلُهُمْ يَوْمَ الدِّينِ ۝٥٦

৫৭। মসিনি মখোইগী সেবা ৱায়েল বিচারগী নুমিত্তা।

نَحْنُ خَلَقْنَٰكُمْ فَلَوْلَا تُصَدِّقُونَ ۝٥٧

৫৮। (হে তাইবঙ মীশিং! ৱারম অসি খঙঙু ঃ) ঐখোইনা শেম শাখিবনি নখোইবু, মরমদুনা করিগীনো নখোইনা য়াদরিবা অচুম্বা (ৱাফম শিবদগী অমুক হিংগৎহনবগী) ?

أَفَرَءَيْتُم مَّا تُمْنُونَ ۝٥٨

৫৯। নখোই য়েংব্রা (নাওচন লীলা শান্নবদা) নখোইনা থাদোরকপা (অঙাং শানবা মহীক) অদু ?

ءَأَنتُمْ تَخْلُقُونَهُۥٓ أَمْ نَحْنُ الْخَٰلِقُونَ ۝٥٩

৬০। নখোইনা শেম্ব্রা মদু নত্ত্রগা ঐখোইনা অশেম্বা ওইব্রা (মদুগী) ?

نَحْنُ قَدَّرْنَا بَيْنَكُمُ الْمَوْتَ وَمَا نَحْنُ بِمَسْبُوقِينَ ۝٦٠

৬১। ঐখোইনা নোংদমবিগ্রে শিবা হায়বদু নখোই (তাইবঙ মী) পুম্নমক্তা, অমসুং ঐখোইবু থিংবা ঙম্মরোই—

عَلَىٰٓ أَن نُّبَدِّلَ أَمْثَٰلَكُمْ وَنُنشِئَكُمْ فِى مَا لَا تَعْلَمُونَ ۝٦١

৬২। পুশল্লকপদা নখোইগী নফমদা (অতোপ্পা) নখোইগুম্বা, অমসুং চাওখৎহনবদা নখোইবু (অতোপ্পা মওং) নখোইনা খঙদবদা।

وَلَقَدْ عَلِمْتُمُ النَّشْأَةَ الْأُولَىٰ فَلَوْلَا تَذَكَّرُونَ ۝٦٢

৬৩। অদুগা তশেংবমক নখোইনা খঙলে অহানবগী খুৎশেম। করি মরমগী নখোই ধ্যান তৌদবগে ?

أَفَرَءَيْتُم مَّا تَحْرُثُونَ ۝٦٣

৬৪। নখোই য়েংব্রা নখোইনা (মরু) হুনবদু ?

ءَأَنتُمْ تَزْرَعُونَهُۥٓ أَمْ نَحْنُ الزَّٰرِعُونَ ۝٦٤

৬৫। নখোইনা হৌহনব্রা মদু নত্ত্রগা ঐখোইনা ওইব্রা (পোৎ-চৈ) হৌহনবা ?

لَوْ نَشَآءُ لَجَعَلْنَٰهُ حُطَٰمًا فَظَلْتُمْ تَفَكَّهُونَ ۝٦٥

৬৬। ঐখোইনা করিগুম্বা তৌনীংলবদি, ঐখোইনা ঙম্মি ওইহনবা মদু পুম্নমক কায়হন্দুনা মচেৎ-মচেৎ তাহনবা, মতমদুদা নখোই কপকনি ঃ

৬৭। (অমসুং হায়গনি :) "ঐখোইদি মাঙজরেদনা!"

إِنَّا لَمُغْرَمُونَ ﴿٦٦﴾

৬৮। "নত্তে, ঐখোইগী লৈজরম্বাপুম্বা লৌথোকপিখ্রে।"

بَلْ نَحْنُ مَحْرُومُونَ ﴿٦٧﴾

৬৯। নখোই য়েংব্রা নখোইনা থকলিবা ঈশিংদু ?

أَفَرَءَيْتُمُ ٱلْمَآءَ ٱلَّذِى تَشْرَبُونَ ﴿٦٨﴾

৭০। নখোইনা তাহনব্রা মদু নোং মতুমদগী নত্ত্রগা ঐখোইনা তাহনব্রা ?

ءَأَنتُمْ أَنزَلْتُمُوهُ مِنَ ٱلْمُزْنِ أَمْ نَحْنُ ٱلْمُنزِلُونَ ﴿٦٩﴾

৭১। ঐখোইনা করিগুম্বা তৌনীংলবদি, ঐখোইনা ঙম্মি ওইহনবা মদু খয়াক্লবা। মরমদুনা করিগীনো নখোইনা তৌবিমল খুঙবা উত্তবা ?

لَوْ نَشَآءُ جَعَلْنَٰهُ أُجَاجًا فَلَوْلَا تَشْكُرُونَ ﴿٧٠﴾

৭২। নখোই য়েংব্রা নখোইনা থারিবা মৈ অদু ?

أَفَرَءَيْتُمُ ٱلنَّارَ ٱلَّتِى تُورُونَ ﴿٧١﴾

৭৩। নখোইনা থোকহনব্রা পামেল উ মদুগীদমক নত্ত্রগা ঐখোইনা থোকহনব্রা ?

ءَأَنتُمْ أَنشَأْتُمْ شَجَرَتَهَآ أَمْ نَحْنُ ٱلْمُنشِـُٔونَ ﴿٧٢﴾

৭৪। ঐখোইনা শেমখি মদু নীংশিঙহন্নবা পোৎ অমা ওইনা (ফত্তরম লম্বীনবশিংদা) অমসুং কান্নবা অমা ওইনা লংফে চৎপশিংগী মরুভূমিদা।

نَحْنُ جَعَلْنَٰهَا تَذْكِرَةً وَمَتَٰعًا لِّلْمُقْوِينَ ﴿٧٣﴾

৭৫। মরমদুনা শৈশকও থাগত্তুনা কোলোয় মিংলেন নংগী মপু অচৌবগী।

فَسَبِّحْ بِٱسْمِ رَبِّكَ ٱلْعَظِيمِ ﴿٧٤﴾

৩ শুবা রুকু

৭৬। নত্তে, ঐনা ৱাশকনি থৱাম্মিচাক মথী তাবগী,

فَلَآ أُقْسِمُ بِمَوَٰقِعِ ٱلنُّجُومِ ﴿٧٥﴾

৭৭। অমসুং মসি, তশেংবমক, অচৌবা ৱাশকনি, নখোইনা করিগুম্বা খঙলবদি,

وَإِنَّهُۥ لَقَسَمٌ لَّوْ تَعْلَمُونَ عَظِيمٌ ﴿٧٦﴾

৭৮। মদুদি মসি, থাজৈশেংবমক, ঈকাই-খুম্মনঙাই মশক ওইবা কুরআননি,

إِنَّهُۥ لَقُرْءَانٌ كَرِيمٌ ﴿٧٧﴾

৭৯। চেকশন্না ঙাক্তুনা থমথ্রবা কিতাব অমদা (ইশনখ্রবনি),

فِى كِتَٰبٍ مَّكْنُونٍ ﴿٧٨﴾

৮০। মসি শোকপা য়াদে (নুং-পান অনিমক) শেংদোকলবশিং নত্তনা।

لَّا يَمَسُّهُۥٓ إِلَّا ٱلْمُطَهَّرُونَ ﴿٧٩﴾

৮১। (মসি) ফোংদোরকখিবনি সংসার পুম্নমক্কী মপুদগী।

تَنزِيلٌ مِّن رَّبِّ ٱلْعَٰلَمِينَ ﴿٨٠﴾

৮২। (স্বর্গগী রাপাও অসিবুরা (হে লমফে-খোঙফম্নবশিং !) নখোইনা উশিং-থোঁওইদনা তৌরিবা ?

افبهذا الحديث انتم مدهنون ﴿٨١﴾

৮৩। অমসুং নখোইনা ওইরৱা মদুবু য়াদবনা নখোইগী হিংনবগী পাম্বৈ ?

وتجعلون رزقكم انكم تكذبون ﴿٨٢﴾

৮৪। মরমদুনা, করিগীনো (নখোইনা ফাদুনা থমদবা শিগদৌরবা মীগী থৱাইনা) কাখৎলকপদা খৌরী য়ৌনা,

فلولا اذا بلغت الحلقوم ﴿٨٣﴾

৮৫। অমসুং মিৎকুপ অদুদা নখোই (তঙক-তঙক) য়েংদুনা লৈ (অৱাবা ফিবমদু)—

وانتم حينئذ تنظرون ﴿٨٤﴾

৮৬। অমসুং ঐখোই লৈ মঙোন্দা হেন্না নকশন্না নখোইদগী, তৌইগুম্বসুং নখোইনা উদে (ঐখোইবু)

ونحن اقرب اليه منكم ولكن لا تبصرون ﴿٨٥﴾

৮৭। করি মরমগী, মতাং অদুদা, নখোই মখা পোন্দ্রবদি (ঐখোইগী),

فلولا ان كنتم غير مدينين ﴿٨٦﴾

৮৮। হন্না পুশন্দবগে (থৱাই) অদু (হকচাংদা) নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা ?

ترجعونها ان كنتم صدقين ﴿٨٧﴾

৮৯। মহাকনা করিগুম্বা ওইরবদি (অমা, অল্লাহগী) মনাক নকপশিংগী,

فاما ان كان من المقربين ﴿٨٨﴾

৯০। মহাক্কী (মনা-মথিনদি) নুংঙাইবনি অমসুং নুংশিবা মনমনি অমসুং (মতমপুম্বদা) থোইদোক্লা নুংঙাইথ্রবা হৈকোন-লৈকোম্নি।

فروح وريحان وجنت نعيم ﴿٨٩﴾

৯১। অদুগা মহাকনা ওইরবদি (অমা) য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিংগী,

واما ان كان من اصحب اليمين ﴿٩٠﴾

৯২। মতমদুদা (ফংগনি তরাম-তরাম্না ওকপগী ৱাহৈ ঃ) "সলাম নংঙোন্দা," (হো সাহেব !) য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিংগী।

فسلم لك من اصحب اليمين ﴿٩١﴾

৯৩। তৌইগুম্বসুং মহাকনা ওইরবদি (অমা, অচুম্বা) য়াদবশিংগী অমসুং লম্মুক্লবশিংগী,

واما ان كان من المكذبين الضالين ﴿٩٢﴾

৯৪। অদুগী মতমদা (মহাকপু) ওকপিগনি অশৌবা ঈশিং (হৈথবিদুনা),

فنزل من حميم ﴿٩٣﴾

৯৫। অমসুং ইনশনবিদুনা নরক কোমদা।

وتصلية جحيم ﴿٩٤﴾

৯৬। তশেংবমক, মসি শোয়দ্রবা অচুম্বনি ;

إِنَّ هٰذَا لَهُوَ حَقُّ الْيَقِينِ ﴿٩٦﴾

৯৭। মরমদুনা শৈশকও থাগত্তুনা কোলোয় মিংলেন নংগী মপু অচৌবগী।

فَسَبِّحْ بِاسْمِ رَبِّكَ الْعَظِيمِ ﴿٩٧﴾


سُورَةُ الْحَدِيدِ مَدَنِيَّةٌ


সূরহ ৫৭ অল-হদীদ

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৩০ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيمِ ﴿١﴾

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

سَبَّحَ لِلّٰهِ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَالْأَرْضِ وَهُوَ الْعَزِيزُ الْحَكِيمُ ﴿٢﴾

২। স্বর্গদা অমসুং পৃথিবীদা লৈবাপুম্বনা ঈকাইখুম্নমা থাগৎচৈ অল্লাহবু; অমসুং মহাক্তি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

لَهُ مُلْكُ السَّمٰوٰتِ وَالْأَرْضِ يُحْيِي وَيُمِيتُ وَهُوَ عَلَىٰ كُلِّ شَيْءٍ قَدِيرٌ ﴿٣﴾

৩। মহাক্কী নিংথৌ লৈবাকনি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীসে। মহাকনা হিংহল্লি অমসুং মহাকনা শিহল্লি; অমসুং মহাক্তি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

هُوَ الْأَوَّلُ وَالْآخِرُ وَالظَّاهِرُ وَالْبَاطِنُ وَهُوَ بِكُلِّ شَيْءٍ عَلِيمٌ ﴿٤﴾

৪। মহাক্তি অহানবনি অমসুং অকোনবনি, অমসুং অফোংবনি অমসুং অরোনবনি; অমসুং মহাক্তি অখঙবনি পোৎ পুম্নমক।

هُوَ الَّذِي خَلَقَ السَّمٰوٰتِ وَالْأَرْضَ فِي سِتَّةِ أَيَّامٍ ثُمَّ اسْتَوَىٰ عَلَى الْعَرْشِ يَعْلَمُ مَا يَلِجُ فِي الْأَرْضِ وَمَا يَخْرُجُ مِنْهَا وَمَا يَنْزِلُ مِنَ السَّمَاءِ وَمَا يَعْرُجُ فِيهَا وَهُوَ مَعَكُمْ أَيْنَ مَا كُنْتُمْ وَاللّٰهُ بِمَا تَعْمَلُونَ بَصِيرٌ ﴿٥﴾

৫। মহাকননি শেম শাখিবা স্বর্গ অমসুং পৃথিবীবু (তোঙান-তোঙানবা) মতম তরুকদা, অদুগী তুংদা মহাকনা লৌখি আসন শক্তিগী কোইরেল ফম্বালথক্তা। মহাকনা খঙই পৃথিবীদা করি চঙখিবা অমসুং করি থোকখিবা মদুদগী, অমসুং করি কুমথরকপা কোরৌ নোংমদোলদগী অমসুং করি কাখৎখিবা মদুদা। অদুগা মহাকনা ইলোয়-লোয়নবি নখোইগা হেক মফম অমদা নখোইনা লৈরবসু; অমসুং মহাকনা উই নখোইনা তৌবা পুম্নমক।

لَهُ مُلْكُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۚ وَاِلَى اللّٰهِ تُرْجَعُ الْاُمُوْرُ ۝٦

৬। মহাক্কী নিংথৌ লৈবাকনি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীসে, অমসুং অল্লাহদা থবক পুম্নমক্কী হনজনফমনি।

يُوْلِجُ الَّيْلَ فِى النَّهَارِ وَيُوْلِجُ النَّهَارَ فِى الَّيْلِ ۚ وَهُوَ عَلِيْمٌۢ بِذَاتِ الصُّدُوْرِ ۝٧

৭। মহাকনা ওইহল্লি অহিংবু নুংথিল অমসুং ওইহল্লি নুংথিলবু অহিং, অমসুং মহাকনা মুম্না খঙই (মীগী) থবাক মনুংদা লৈবা পুম্নমক।

اٰمِنُوْا بِاللّٰهِ وَرَسُوْلِهٖ وَاَنْفِقُوْا مِمَّا جَعَلَكُمْ مُّسْتَخْلَفِيْنَ فِيْهِ ۚ فَالَّذِيْنَ اٰمَنُوْا مِنْكُمْ وَاَنْفَقُوْا لَهُمْ اَجْرٌ كَبِيْرٌ ۝٨

৮। থাজৌ অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুলবু, অমসুং খরচ তৌ (অল্লাহগী লম্বীদা) নখোইবু স্বত্ব ফংহনবিখিবা (মাল) অদুদগী। অদুগা নখোইগী মরক্তগী অচুম্বা থাজবা অমসুং (অল্লাহগী মরমদা) খরচ তৌবা মখোইদু ফংগনি অচৌবা মনা-মথিন।

وَمَا لَكُمْ لَا تُؤْمِنُوْنَ بِاللّٰهِ ۚ وَالرَّسُوْلُ يَدْعُوْكُمْ لِتُؤْمِنُوْا بِرَبِّكُمْ وَقَدْ اَخَذَ مِيْثَاقَكُمْ اِنْ كُنْتُمْ مُّؤْمِنِيْنَ ۝٩

৯। করি (মরম)গী নখোইনা থাজদরিবা অল্লাহবু, রসুলনা বারতোন তৌবদা নখোইবু থাজৌ হায়না নখোইগী মপুদা; অমসুং মহাকনা হান্নন লৌবিখ্রে ব্লাশক অমা (মহাক্কী ধর্ম্ম পাওতাকপা মীগী খুৎথাংদা) নখোইদগী; (করিগী নখোই তুং হন্দোক্কদৌরিবা) নখোইনা ওইরদি (তশেংবা) থাজবশিং।

هُوَ الَّذِيْ يُنَزِّلُ عَلٰى عَبْدِهٖۤ اٰيٰتٍۢ بَيِّنٰتٍ لِّيُخْرِجَكُمْ مِّنَ الظُّلُمٰتِ اِلَى النُّوْرِ ۚ وَاِنَّ اللّٰهَ بِكُمْ لَرَءُوْفٌ رَّحِيْمٌ ۝١٠

১০। মহাকননি থাবিখিবা তশেংবা পাওজেনশিং মহাক্কী মনাই নিপাদা, অদুনা মহাকনা পুথোকপিরক্নবা নখোইবু অমম্বা (মখল খুদিংগী পর্দানুং)দগী অঙানবদা। অদুগা তশেংবমক, অল্লাহদি মীনুংশি চাওবনি, নুংশিহৈবনি।

وَمَا لَكُمْ اَلَّا تُنْفِقُوْا فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ وَلِلّٰهِ مِيْرَاثُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۚ لَا يَسْتَوِيْ مِنْكُمْ مَّنْ اَنْفَقَ مِنْ قَبْلِ الْفَتْحِ وَقٰتَلَ ۚ اُولٰٓئِكَ اَعْظَمُ دَرَجَةً مِّنَ الَّذِيْنَ اَنْفَقُوْا مِنْۢ بَعْدُ وَقٰتَلُوْا ۚ وَكُلًّا وَّعَدَ اللّٰهُ

১১। করি মরম লৈবগে নখোইনা খরচ তৌদবসিবু অল্লাহগী লম্বীদা, অল্লাহনা মপু ওইরগা স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী স্বত্ব পুম্নমক্কী? নখোইগী মরক্তগী (অল্লাহগী লম্বীদা) খরচ তৌখিবশিং অমসুং (মজাতি ঙাক্নবগী)লান শোক্নখিবশিং (মক্কহ) জয়গী মমাংদা মান্নদে (মতুংদা খরচ তৌদুনা লান তৌখিবশিংগা)। মখোইনা থাক ৱাংবা হেন্নি (মাং থাখিবশিং ওইবনা) কোন্থংদা খরচ তৌখিবা অমসুং লান থেংনখিবা মখোইদগী। অদুগা পুম্নমক্তা অল্লাহনা ৱাশক তৌবিরি অফবা

الْحُسْنٰىؕ وَاللّٰهُ بِمَا تَعْمَلُوْنَ خَبِيْرٌ ﴿١١﴾

(মহৈ)। অদুগা অল্লাহনা মুম্না খঙই নখোইনা তৌরিবাপুম্বা

২ শুবা রুকূ

مَنْ ذَا الَّذِيْ يُقْرِضُ اللّٰهَ قَرْضًا حَسَنًا فَيُضٰعِفَهٗ لَهٗ وَلَهٗۤ اَجْرٌ كَرِيْمٌ ﴿١٢﴾

১২। কনা লৈবগে (শেন্দোং লৌদনা) চপচানা শেল পুথোকনীংবা অল্লাহদা? মরমদুনা মহাকনা (মদুগী মহুত্তা) পীবিরক্কনি শরুক অনি হেন্সৎনা মঙোন্দা, অমসুং (অসিদগীসু হেন্না) মহাক ফংগনি ঈকাইখুম্নঙাই মশক ওইবা মনা-মথিন।

يَوْمَ تَرَى الْمُؤْمِنِيْنَ وَالْمُؤْمِنٰتِ يَسْعٰى نُوْرُهُمْ بَيْنَ اَيْدِيْهِمْ وَبِاَيْمَانِهِمْ بُشْرٰىكُمُ الْيَوْمَ جَنّٰتٌ تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ خٰلِدِيْنَ فِيْهَاؕ ذٰلِكَ هُوَ الْفَوْزُ الْعَظِيْمُ ﴿١٣﴾

১৩। (ৱাখল তৌ) নুমিৎ অদুদা নংনা উগনি ধর্ম্ম-চৎপা নিপাশিং অমসুং ধর্ম্ম-চৎপা নুপীশিং, মখোইগী মঙাল (মদুনা লমজিংবিখিবা মখোইবু অচুম্বা লম্বীনবদা) ঙালবা মখোইগী মমাংদা অমসুং মখোইগী মখুৎ য়েৎথংবশিংদা (মখোইগী লম্বী ঙালহন্দুনা)। অসি হায়বিগনি মখোইদা ঃ) "হরাওবা পাওনি নখোইগীদমক্তা ঙসিদি! স্বর্গ লৈকোনশিং মখা অদুদা তুরেলশিং ঈচেল্লি, মদুগী মনুংদা নখোই লৈগনি (মতমপুম্বা)। মদু খ্বাইদগী হেন্না অচৌবা জয়নি।"

يَوْمَ يَقُوْلُ الْمُنٰفِقُوْنَ وَالْمُنٰفِقٰتُ لِلَّذِيْنَ اٰمَنُوا انْظُرُوْنَا نَقْتَبِسْ مِنْ نُّوْرِكُمْ قِيْلَ ارْجِعُوْا وَرَآءَكُمْ فَالْتَمِسُوْا نُوْرًاؕ فَضُرِبَ بَيْنَهُمْ بِسُوْرٍ لَّهٗ بَابٌؕ بَاطِنُهٗ فِيْهِ الرَّحْمَةُ وَظَاهِرُهٗ مِنْ قِبَلِهِ الْعَذَابُؕ ﴿١٤﴾

১৪। নুমিৎ অদুদা মতাৎ হৈবা নিপাশিং অমসুং মতাৎ হৈবী নুপীশিং (চান্নয়েখাই পাওথিলবা অমসুং লৌশিং মীনম লাংথাকপা) না হায়গনি অচুম্বা থাজবশিংদা ঃ "ঙাইবিখো ঐখোইবু, ঐখোই পুজহৈগে (মঙাল খরা) নখোইগী মঙালদগী (ঐখোইগী লম্বী-মৈথান ওইনবগী)।" অসি হায়বিগনি (মখোইদা) ঃ "হল্লু তুংরোমদা অমসুং থিয়ু মঙাল।" অদুগী মতমদা লৈপল অমা, থোঙ অমা য়াওনা মদুগী মনুংদা থম্বিগনি মখোইগী মরক্তা। মদুগী মনুংদা ঙাকপিবনি (ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা) অমসুং মদুগী মপান্দা মাংথংবা শরক্তা শাথীনা ওৎ-নৈবনি (যম লৈবাক্কী)।

يُنَادُوْنَهُمْ اَلَمْ نَكُنْ مَّعَكُمْؕ قَالُوْا بَلٰى وَلٰكِنَّكُمْ

১৫। (মতাৎ হৈবশিং) মখোইনা কৌরক্কনি (ধর্ম্ম-চৎপশিং) মখোইদা (অমসুং হায়গনি ঃ)

فَتَنْتُمْ اَنْفُسَكُمْ وَتَرَبَّصْتُمْ وَارْتَبْتُمْ وَغَرَّتْكُمُ الْاَمَانِيُّ حَتّٰى جَآءَ اَمْرُ اللّٰهِ وَغَرَّكُمْ بِاللّٰهِ الْغَرُوْرُ ﴿١٤﴾

"ঐখোই ইলোয়-লোয়নখিদব্রা নখোইগা?" (ধর্ম্ম-চৎপশিং) মখোইনা হায়গনিঃ "হোই (লোয়নখি), নখোই নশানা নশাবু কাংজেন্নহনখি অপাম্বদা অমসুং ঙাইদুনা লৈখি (ঐখোইগী লৈখা তাবা) অমসুং চিংনবা শরুক্কখি (ধর্ম্ম অচুম্ববু) অমসুং নশাগী কান্নদবা অপাম্বনা নমথাক তৌবিখি নশাবু, লাক্তুরিবা ফাওবা অল্লাহগী হুকুম। অদুগা লৌনমজাও (শৈতান)না লৌনমবিখ্রে নখোইবু অল্লাহগী মরমদা।

فَالْيَوْمَ لَا يُؤْخَذُ مِنْكُمْ فِدْيَةٌ وَّلَا مِنَ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا ۭ مَاْوٰىكُمُ النَّارُ ۭ هِيَ مَوْلٰىكُمْ ۭ وَبِئْسَ الْمَصِيْرُ ﴿١٥﴾

১৬। মরমদুনা ঙসি নুমিত্তা থাদোকপগী মমল লৌবিরোই নখোইদগী নত্ত্রগা লমফৈ-খোঙফম্ন-বশিংদগী। নখোইগী ঠিকানাদি খাম্বি মৈকোন্দনি; মদু নখোইগী মরূপনি অমসুং ফত্তবা পণ্থুংফমনি।

اَلَمْ يَاْنِ لِلَّذِيْنَ اٰمَنُوْٓا اَنْ تَخْشَعَ قُلُوْبُهُمْ لِذِكْرِ اللّٰهِ وَمَا نَزَلَ مِنَ الْحَقِّ ۙ وَلَا يَكُوْنُوْا كَالَّذِيْنَ اُوْتُوا الْكِتٰبَ مِنْ قَبْلُ فَطَالَ عَلَيْهِمُ الْاَمَدُ فَقَسَتْ قُلُوْبُهُمْ ۭ وَكَثِيْرٌ مِّنْهُمْ فٰسِقُوْنَ ﴿١٦﴾

১৭। মতম লাক্তুরিব্রা (অকোনবা মীরোনশিংগী মরক্তা) থাজবা মখোইদুগী মথম্মোইশিং নোংথজনবগী অল্লাহগী নীংশিঙবদা অমসুং অচুম্বা (রূপাও) ফোংদোরকখিবদা মখোইদা, অমসুং মখোই ওইরোইদবনি মখোইগী মমাংদা কিতাব পীখিবা (অরিবা জাতিগী মী) শিংগুম, অমসুং মখোইগী (ঙাকপিবগী) মতম কুইথহনবিখ্রে অমসুং (মদুনা মরম্নদুনা) মখোইগী মথম্মোইশিং কনশিনখ্রে, অমসুং মখোই অয়াম্বা লম হেন্দোকখ্রে ?

اِعْلَمُوْٓا اَنَّ اللّٰهَ يُحْيِ الْاَرْضَ بَعْدَ مَوْتِهَا ۭ قَدْ بَيَّنَّا لَكُمُ الْاٰيٰتِ لَعَلَّكُمْ تَعْقِلُوْنَ ﴿١٧﴾

১৮। খঙজু অল্লাহনা হিংগৎহল্লি পৃথিবীবু মানা শিরমগ্রবা মতুংদা (নোং-ঈশিং তাহনবিদুনা)॥ ঐখোইনা তশেংনা ফোংদোকপি পাওজেনশিং অদুনা নখোইনা খঙজনবা।

اِنَّ الْمُصَّدِّقِيْنَ وَالْمُصَّدِّقٰتِ وَاَقْرَضُوا اللّٰهَ قَرْضًا حَسَنًا يُّضٰعَفُ لَهُمْ وَلَهُمْ اَجْرٌ كَرِيْمٌ ﴿١٨﴾

১৯। তশেংবমক দান পীবা নিপা অমসুং দান পীবা নুপী, অমসুং (শেন্দোং লৌদনা) চপচানা শেল পুথোকপশিং অল্লাহদা—পীবিরক্কনি শরুক অনি হেঙ্গৎনা মখোইদা, অমসুং (অসিদগীসু হেন্না) মখোই ফংগনি ঈকাইখুম্নঙাই মশক ওইবা মনা-মাথেন।

وَالَّذِينَ آمَنُوا بِاللَّهِ وَرُسُلِهِ أُولَٰئِكَ هُمُ الصِّدِّيقُونَ ۖ وَالشُّهَدَاءُ عِندَ رَبِّهِمْ لَهُمْ أَجْرُهُمْ وَنُورُهُمْ ۖ وَالَّذِينَ كَفَرُوا وَكَذَّبُوا بِآيَاتِنَا أُولَٰئِكَ أَصْحَابُ الْجَحِيمِ ﴿٢٠﴾

২০। অদুগা অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা থাজরবা অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুলশিংবু, মখোই অচুম্বনি অমসুং সাক্ষীশিংনি মখোইগী মপুগী মনাক্তা। মখোই ফংগনি মখোইগী মনা-মথিন অমসুং মখোইগী মঙাল তৌইগুম্বসুং অচুম্বা থাজদবশিং অমসুং ঐখোইগী পাওজেন-শিংবু য়াদবশিংদু, মখোইদু মরূপশিংনি ভুং-ভুং চাকপা খাম্বি মৈকোমগী।

৩ শুবা রুকূ

اعْلَمُوا أَنَّمَا الْحَيَاةُ الدُّنْيَا لَعِبٌ وَلَهْوٌ وَزِينَةٌ وَتَفَاخُرٌ بَيْنَكُمْ وَتَكَاثُرٌ فِي الْأَمْوَالِ وَالْأَوْلَادِ ۖ كَمَثَلِ غَيْثٍ أَعْجَبَ الْكُفَّارَ نَبَاتُهُ ثُمَّ يَهِيجُ فَتَرَاهُ مُصْفَرًّا ثُمَّ يَكُونُ حُطَامًا ۖ وَفِي الْآخِرَةِ عَذَابٌ شَدِيدٌ وَمَغْفِرَةٌ مِّنَ اللَّهِ وَرِضْوَانٌ ۚ وَمَا الْحَيَاةُ الدُّنْيَا إِلَّا مَتَاعُ الْغُرُورِ ﴿٢١﴾

২১। খঙঙু তাইবঙ পুন্সি অসি লীলানি অমসুং হরাও-কুম্মৈনি, অমসুং অকে-অমৌবনি, অমসুং চাউথোক-ঙথোকনবনি নখোইগী মরক্তা, অমসুং নরন-নথুম য়াম্বা তান্নবনি। মসিগী পান্দমদি নোংগুম্বনিঃ মদুগী মতেংনা হৌরকপা মনা-মশিংনা হরাওহল্লি লৌউবা মীশিংবু (মতম খরদং); অদুগী তুংদা মদু কংশিন খুইজিল্লকই অদুনা নংনা উই মদু ওল্লকপা সনা মচু, অদুগী তুংদা মদু ওইরকই অকায়বা (চর্র) মচেৎশিং। অদুগা শিরবা মতুং(গী) পুন্সি খোঙফম)দা (সংসারদা থরাই লুপ্পাশিংগী) অকনবা ব্রায়েল-চৈরাকনি অমসুং (মদু নুংশিবদগী হন্দোকপা মীশিংগীদি) অল্লাহগী ঙাকপিবনি অমসুং য়াবিবনি। অদুগা তাইবঙ পুন্সি অসি করিসু নত্তে মায়ানি।

سَابِقُوا إِلَىٰ مَغْفِرَةٍ مِّن رَّبِّكُمْ وَجَنَّةٍ عَرْضُهَا كَعَرْضِ السَّمَاءِ وَالْأَرْضِ أُعِدَّتْ لِلَّذِينَ آمَنُوا بِاللَّهِ وَرُسُلِهِ ۚ ذَٰلِكَ فَضْلُ اللَّهِ يُؤْتِيهِ مَن يَشَاءُ ۚ وَاللَّهُ ذُو الْفَضْلِ الْعَظِيمِ ﴿٢٢﴾

২২। (ব্রারম মতৌ অসি খঙনা) ক্রক-ক্রক তান্নৌ (মকোক থোংবা) ফংহৌনবগী (পাপ অমসুং দণ্ডিদগী) ঙাকপিবা নখোইগী মপুদগী অমসুং স্বর্গ লৈকোন মদুগী মমলদি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী মমলমুকনি; মসি শেম-শাগ্রবনি অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুলবু (চপচানা) থাজবশিংগীদমক্তা। মসি অল্লাহগী থৌজালনি, মহাকনা পী মদু মহাকনা চানবিবা (মতিক চাবশিং)দা; অমসুং অল্লাহদি মপুনি অচৌবা থৌজালগী।

مَآ اَصَابَ مِنۡ مُّصِيۡبَةٍ فِى الۡاَرۡضِ وَلَا فِىۡۤ اَنۡفُسِكُمۡ اِلَّا فِىۡ كِتٰبٍ مِّنۡ قَبۡلِ اَنۡ نَّبۡرَاَهَا ؕ اِنَّ ذٰلِكَ عَلَى اللّٰهِ يَسِيۡرٌ ۚ ۝٢٢

২৩। লায়বকথীবা অমতা থোক্তে মালেমদা নত্রগা নখোই নশামক্তদা, তৌইগুম্বসুং মদু (য়েকশন্দুনা) লৈ (ঐখোইগী জ্ঞানগী) কিতাব অমদা ঐখোইনা পুথোক্তরিঙৈ মমাংদা মদু। তশেংবমক, মদু ঈলায়-লায়বনি অল্লাহদা।

لِّكَيۡلَا تَاۡسَوۡا عَلٰى مَا فَاتَكُمۡ وَلَا تَفۡرَحُوۡا بِمَاۤ اٰتٰٮكُمۡ ؕ وَاللّٰهُ لَا يُحِبُّ كُلَّ مُخۡتَالٍ فَخُوۡرِ ۝٢٣

২৪। অদুনা নখোই (কা হেম্না) অৱাবা শরুক্লদনবা নখোইনা মাঙখিবগী (অফবা পোৎশিং), নত্রগা নখোই থোইনমক হরাওদনবা মহাকনা (ওইজ-ওইথক) পীবগী নখোইদা। অদুগা অল্লাহনা নুংশিবিদে থোইজৎ-রাংজৎনবা কনামতবু,

اۨلَّذِيۡنَ يَبۡخَلُوۡنَ وَيَاۡمُرُوۡنَ النَّاسَ بِالۡبُخۡلِ ؕ وَمَنۡ يَّتَوَلَّ فَاِنَّ اللّٰهَ هُوَ الۡغَنِىُّ الۡحَمِيۡدُ ۝٢٤

২৫। 'বখিল' অরীকপশিংবু অমসুং (মখোইনা) তাকশিল্লি মীশিংবু লীকশন্নবা। অদুগা কনাগুম্বনা মায় ওথোকলবদি (অল্লাহদা শেল পুথোকপদগী, মহাকনা খঙগদবনি) তশেংবমক, অল্লাহদি রাগু-পাদবনি, থাগৎপদা মতিক চাবনি।

لَقَدۡ اَرۡسَلۡنَا رُسُلَنَا بِالۡبَيِّنٰتِ وَاَنۡزَلۡنَا مَعَهُمُ الۡكِتٰبَ وَالۡمِيۡزَانَ لِيَقُوۡمَ النَّاسُ بِالۡقِسۡطِ ۚ وَاَنۡزَلۡنَا الۡحَدِيۡدَ فِيۡهِ بَاۡسٌ شَدِيۡدٌ وَّمَنَافِعُ لِلنَّاسِ وَلِيَـعۡلَمَ اللّٰهُ مَنۡ يَّنۡصُرُهٗ وَرُسُلَهٗ بِالۡغَيۡبِ ؕ اِنَّ اللّٰهَ قَوِىٌّ عَزِيۡزٌ ۝٢٥

২৬। তশেংবমক ঐখোইনা (মমাংঙৈদা) থাখি ঐখোইগী রসুলশিং লোয়ননা তশেং-তশেংবা খুদমশিংগা অমসুং থাবিখি মখোইগা লোয়ননা কিতাব অমসুং 'মীজান' (ধর্ম্ম বিধি) অদুনা মীশিংনা চৎনবা অচুম্বা শাজৎ (অতোপ্পগা লোয়নবদা); অদুগা ঐখোইনা থাবিখি (মখোইদা) য়োৎ মদুদা লৈ অকনবা পাঙ্গল (লানগী) অমসুং মখল-মখলগী কান্নবশিং মীওইবশিংগীদমক্তা, অদুনা অল্লাহনা খঙবা য়ানবা কনানা তেংবাংবা মহাকপু অমসুং মহাক্কী রসুলশিংবু অরোনবদা। থাঙ্গৈশেংবমক অল্লাহদি শক্তি সৈবনি, পাঙ্গলবনি।

৪ শুবা রুকূ

وَلَقَدۡ اَرۡسَلۡنَا نُوۡحًا وَّاِبۡرٰهِيۡمَ وَجَعَلۡنَا فِىۡ ذُرِّيَّتِهِمَا النُّبُوَّةَ وَالۡكِتٰبَ فَمِنۡهُمۡ مُّهۡتَدٍ ۚ وَ

২৭। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা থাখি নুহ অমসুং ইব্রাহীম (বু নবী শেমদুনা মাগী মাগী কাঙলুপদা) অমসুং ঐখোইনা থম্বিখি নবীগী ফম অমসুং কিতাব মখোইগী মচা-মশুশিংগী মরক্তা।

كَثِيرٌ مِّنْهُمْ فَٰسِقُونَ ﴿٢٧﴾

মরমদুনা মখোই খরনা তুং-ইনখি লমজিং, তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা ওইখি লমকেৎ-লমহাইবা।

ثُمَّ قَفَّيْنَا عَلَىٰٓ ءَاثَٰرِهِم بِرُسُلِنَا وَقَفَّيْنَا بِعِيسَى ٱبْنِ مَرْيَمَ وَءَاتَيْنَٰهُ ٱلْإِنجِيلَ ۙ وَجَعَلْنَا فِى قُلُوبِ ٱلَّذِينَ ٱتَّبَعُوهُ رَأْفَةً وَرَحْمَةً وَرَهْبَانِيَّةً ٱبْتَدَعُوهَا مَا كَتَبْنَٰهَا عَلَيْهِمْ إِلَّا ٱبْتِغَآءَ رِضْوَٰنِ ٱللَّهِ فَمَا رَعَوْهَا حَقَّ رِعَايَتِهَا ۖ فَـَٔاتَيْنَا ٱلَّذِينَ ءَامَنُوا۟ مِنْهُمْ أَجْرَهُمْ ۖ وَكَثِيرٌ مِّنْهُمْ فَٰسِقُونَ ﴿٢٨﴾

২৮। অদুগী তুংদা ঐখোইনা থাবিখি (অতৈ) রসুলশিং মখোইগী খোঙ্গুলশিংদা অমসুং (মখোইগী মতুংদা) থাবিখি মরয়মগী মচানিপা ঈসাবু অমসুং পীখি মঙোন্দা ইনজীল (গোসপেল)। অদুগা ঐখোইনা থম্বিখি মহাক্কী মতুং ইনবশিংগী মথম্মোইনুংশিংদা নুংশিবা অমসুং ঙাকপিবা। আশ্রম-পুন্সি মখোইনা পুথোকখিবদু—ঐখোইনা য়াথংনবিখিদে মদু মখোইগীদমক — তৌইগুম্বসুং (মখোইনা হৌদোকচখি মদু) ফংনবা হোৎনবগী অল্লাহগী য়াবিবা; অদুম ওইনমক মখোইনা ইনখিদে মদু ইনফম থোকপা মতুংইন্না। মরমদুনা মখোইগী মরক্তুগী অচুম্বা থাজখিবশিংদা ঐখোইনা পীখি মখোইগী (মতিকচাবা) মনা-মথিন; তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা ওইখি লমকেৎ-লমহাইবশিং।

يَٰٓأَيُّهَا ٱلَّذِينَ ءَامَنُوا۟ ٱتَّقُوا۟ ٱللَّهَ وَءَامِنُوا۟ بِرَسُولِهِۦ يُؤْتِكُمْ كِفْلَيْنِ مِن رَّحْمَتِهِۦ وَيَجْعَل لَّكُمْ نُورًا تَمْشُونَ بِهِۦ وَيَغْفِرْ لَكُمْ ۚ وَٱللَّهُ غَفُورٌ رَّحِيمٌ ﴿٢٩﴾

২৯। হে অচুম্বা থাজবশিং! কিয়ু অল্লাহবু অমসুং থাজৌ মহাক্কী রসুলবু। অল্লাহনা পীবিগনি নখোইবু শরুক অনি মহাক্কী থৌজালগী অমসুং নোংদম্বিগনি নখোইগীদমক্তা মঙাল অমা মদুগী মনুংদা নখোই চৎকনি অমসুং পীবিগনি নখোইবু কোকপিবা (ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা); অমসুং অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

لِّئَلَّا يَعْلَمَ أَهْلُ ٱلْكِتَٰبِ أَلَّا يَقْدِرُونَ عَلَىٰ شَىْءٍ مِّن فَضْلِ ٱللَّهِ ۙ وَأَنَّ ٱلْفَضْلَ بِيَدِ ٱللَّهِ يُؤْتِيهِ مَن يَشَآءُ ۚ وَٱللَّهُ ذُو ٱلْفَضْلِ ٱلْعَظِيمِ ﴿٣٠﴾

৩০। অদুনা কিতাব ফংখ্রবা মীশিংনা খন্দনবা মদুদি মখোই (মুসলিমশিংনা) শক্তি করিসু লৈতে অল্লাহগী থৌজালগী মথক্তা, তৌইগুম্বসুং থৌজালদি (পুল্লপ্পা) লৈ অল্লাহগী মখুত্তা। মহাকনা পী মদু মহাকনা চানবিবা (মতিকচাবা) কনাগুম্ববু। অদুগা অল্লাহদি মপুনি অচৌবা থৌজালগী।

# سُورَةُ الْمُجَادَلَةِ مَدَنِيَّةٌ (٥٨)

অল-মুজাদিলহ| সূরহ ৫৮

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২৩ নি)

সিপারহ ২৮ ঃ কদ সমিঅল্লাহু

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

قَدْ سَمِعَ اللّٰهُ قَوْلَ الَّتِيْ تُجَادِلُكَ فِيْ زَوْجِهَا وَتَشْتَكِيْٓ اِلَى اللّٰهِ ۖ وَاللّٰهُ يَسْمَعُ تَحَاوُرَكُمَا ۭ اِنَّ اللّٰهَ سَمِيْعٌۢ بَصِيْرٌ ②

২। তশেংবমক অল্লাহনা তারে (নুপী) মাগী মা মানা থবাই য়াওনা হারজখিবদু নংঙোন্দা মাগী থংলেনগী মরমদা অমসুং মানা (অবা-নুংশি য়ান্নন) বা-কৎখিবদু অল্লাহদা। অদুগা অল্লাহনা তাবিগ্রে নখোই অনিনা বারী শান্নবদু। থাঙ্গৈশেংবমক, অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক উবনি।

اَلَّذِيْنَ يُظٰهِرُوْنَ مِنْكُمْ مِّنْ نِّسَاۗىِٕهِمْ مَّا هُنَّ اُمَّهٰتِهِمْ ۭ اِنْ اُمَّهٰتُهُمْ اِلَّا الّٰۗـِٔيْ وَلَدْنَهُمْ ۭ وَاِنَّهُمْ لَيَقُوْلُوْنَ مُنْكَرًا مِّنَ الْقَوْلِ وَزُوْرًا ۭ وَاِنَّ اللّٰهَ لَعَفُوٌّ غَفُوْرٌ ③

৩। অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইগী মরক্তা মখোইনা তোঙান্না খায়দোকপা মখোইগী মতাম্লোইশিংবু পম্লেম পীওইবনি হায়জিন্দুনা—মখোই নত্তে মখোইগী (অচুম্বা) পম্লেমশিং। কনামতা ওইদে মখোইগী পম্লেমশিং নত্তনা মখোইবু (নাও পুদুনা) পোকখিবদু, অমসুং মখোই তশেংবমক ঙাঙ-শকই তুক্কচবা অমসুং মীনম্বা। অদুগা তশেংবমক অল্লাহদি লংজ-ঙাকপিহৈবনি, য়োনজ-কোকপিহৈবনি।

وَالَّذِيْنَ يُظٰهِرُوْنَ مِنْ نِّسَاۗىِٕهِمْ ثُمَّ يَعُوْدُوْنَ لِمَا قَالُوْا فَتَحْرِيْرُ رَقَبَةٍ مِّنْ قَبْلِ اَنْ يَّتَمَاۗسَّا ۭ ذٰلِكُمْ تُوْعَظُوْنَ بِهٖ ۭ وَاللّٰهُ بِمَا تَعْمَلُوْنَ خَبِيْرٌ ④

৪। অদুগা অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা খায়দোকপা মখোইগী মতাম্লোইশিংবু পম্লেম পীওইবনি হায়জিন্দুনা, অদুগী তুংদা হনজম্নবদি মখোইনা হায়খিবা অদুদা, (মদুগী জরিমানা পীফম থোকপদি) মীনাই অমা নীং তমহনবা তাই মখোইনা শম্নদরিঙৈ (মতু মরা ওইনা মরী লৈনবগী)। মসি নখোইবু চেকশম্নবা হায়বিবনি। অদুগা অল্লাহনা মুম্না খঙবনি নখোইনা তৌবদু।

فَمَنْ لَّمْ يَجِدْ فَصِيَامُ شَهْرَيْنِ مُتَتَابِعَيْنِ مِنْ

৫। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা উপায় লৈতরবদি (মীনাই অমা থাদোক্নবগী), মহাক রোজহ-তৌগনি থাবুম অনি থংন-থংননা মখোই শম্নদরিঙৈদা

(অমুকহন্না)। অদুগা কনাগুম্বনা গুমদ্রবদি (রোজহ তৌবা), খানা পিজগদবনি লাইরবা মী হুমফু। মসি (য়াথংনবিরিবনি নখোইবু) অদুনা নখোইনা (চুম্না) থাজনবা অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুলবু। (হুকুম) অসি অল্লাহনা পনখে (থমদুনা) লেপলবনি। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদি ফংগনি অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাক।

قَبْلِ اَنْ يَتَمَاۤسَّا ۚ فَمَنْ لَّمْ يَسْتَطِعْ فَاِطْعَامُ سِتِّيْنَ مِسْكِيْنًا ۚ ذٰلِكَ لِتُؤْمِنُوْا بِاللّٰهِ وَرَسُوْلِهٖ ۚ وَتِلْكَ حُدُوْدُ اللّٰهِ ۚ وَلِلْكٰفِرِيْنَ عَذَابٌ اَلِيْمٌ ۝

৬। তশেংবমক অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা মায়োক্নরবা অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী ধর্ম্ম পাওতাকপা মীবু তোন্থহনবিগনি মখোইগী মমাংদা লৈরমখিবা (লমফৈ-খোঙফম্নবা)শিংবু তোন্থহনবিখিবগুম; অমসুং ঐখোইনা হান্নবা থাবিখ্রে তশেংবা পাওজেনশিং। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদি ফংগনি চোপহনবগী ৱায়েল চৈরাক।

اِنَّ الَّذِيْنَ يُحَآدُّوْنَ اللّٰهَ وَرَسُوْلَهٗ كُبِتُوْا كَمَا كُبِتَ الَّذِيْنَ مِنْ قَبْلِهِمْ وَقَدْ اَنْزَلْنَاۤ اٰيٰتٍۭ بَيِّنٰتٍ ۚ وَلِلْكٰفِرِيْنَ عَذَابٌ مُّهِيْنٌ ۝

৭। কোরৌ নুমিৎ অদুদা অল্লাহনা হিংগৎহল্লবদা মখোই পুম্নমকবু পুল্লপ্লা, মহাকনা খঙহনবিগনি মখোইবু মখোইনা (হিংলিঙৈদা) তৌরম্বশিং। অল্লাহনা থম্মি হিসাব মদুগী, তৌইগুম্বসুং মখোইনা কাওথোকই মদু। অদুগা অল্লাহনা সাক্ষীনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

يَوْمَ يَبْعَثُهُمُ اللّٰهُ جَمِيْعًا فَيُنَبِّئُهُمْ بِمَا عَمِلُوْا ۗ اَحْصٰىهُ اللّٰهُ وَنَسُوْهُ ۗ وَاللّٰهُ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ شَهِيْدٌ ۝ ع

২ শুবা রুকূ

৮। নং উদত্রা মদুদি অল্লাহনা খঙই স্বর্গদা লৈবাপুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈবাপুম্বা? (করিগুম্বা মফমদা অচুম্বা থাজদবশিংগী) অহমগী (পুন্না) ৱা তান্নবা লৈতে, তৌইগুম্বসুং মহাকনা মরিগুবমি মখোইগী (অমসুং লোম্না পাও তাবনি); নত্রগা (ৱাশুংনবা) মঙাগী, তৌইগুম্বসুং মুহাকনা তরুকশুবনি মখোইগী; নত্রগা মসিদগী হংথবা (মশিং)গী নত্রগা হেনগৎপগী (ৱা খন্নবসু লৈত্রে), তৌইগুম্বসুং মহাক ইলোয়-লোয়নৈ মখোইগী, করিগুম্বা মফম অমদা মখোইনা লৈরবসু। অদুগী

اَلَمْ تَرَ اَنَّ اللّٰهَ يَعْلَمُ مَا فِى السَّمٰوٰتِ وَمَا فِى الْاَرْضِ ۗ مَا يَكُوْنُ مِنْ نَّجْوٰى ثَلٰثَةٍ اِلَّا هُوَ رَابِعُهُمْ وَلَا خَمْسَةٍ اِلَّا هُوَ سَادِسُهُمْ وَلَاۤ اَدْنٰى مِنْ ذٰلِكَ وَلَاۤ اَكْثَرَ اِلَّا هُوَ مَعَهُمْ اَيْنَ مَا كَانُوْا ۚ ثُمَّ يُنَبِّئُهُمْ بِمَا عَمِلُوْا يَوْمَ الْقِيٰمَةِ ۗ اِنَّ اللّٰهَ بِكُلِّ

তুংদা মহাকনা খঙহনবিগনি মখোইবু মখোইনা তৌরম্বশিং শিবদগী অমুক হিংগৎহনবিবা নুমিত্তা। তশেংবমক অল্লাহদি অখঙবনি পোৎ পুম্নমক্কী।

شَيْءٍ عَلِيمٌ ⑦

৯। নং উদব্রা (নংগী য়েক্লবশিং) মখোইদুবু থিংখ্রবদা অরোনবা রা তান্নগনু হায়না, মতুংদা অমুক হনজনখিবা মখোইবু থিংখিবা (থবক) অদুদা, অমসুং (হৌজিক) লোন্না রা তান্নবা (তোঙান-তোঙানবা হীরমশিংদা) পাপকী অমসুং লমহেনবগী অমসুং য়াথং হীকতোকপগী রসুলগী? অদুগা মখোইনা লাকপদা নংঙোন্দা, মখোইনা কৌই নংবু (রাহে খরা শীজন্নদুনা) মদু হায়দুনা অল্লাহনা কৌবিদে নংবু; তৌইগুম্বসুং মখোইনা (করেম্নদুনা) মখোইগী মরক্তা হায়ঃ "করি মরমগী অল্লাহনা চৈরাক থারক্তবগে ঐখোইদা ঐখোইনা ঙাঙ-শকপগী (মহাক্কী মরমদা, মহাকনা অচুম্বা রসুল ওইরবদি)?" মখোইবু রাখৈফম থোকই নরকদা, মদুগী মনুংদা মখোই মৈনা চাকথেক্কনি; মদু ফত্তবা পন্থুংফমনি।

أَلَمْ تَرَ إِلَى الَّذِينَ نُهُوا عَنِ النَّجْوَىٰ ثُمَّ يَعُودُونَ لِمَا نُهُوا عَنْهُ وَيَتَنَاجَوْنَ بِالْإِثْمِ وَالْعُدْوَانِ وَمَعْصِيَتِ الرَّسُولِ وَإِذَا جَاءُوكَ حَيَّوْكَ بِمَا لَمْ يُحَيِّكَ بِهِ اللَّهُ وَيَقُولُونَ فِي أَنفُسِهِمْ لَوْلَا يُعَذِّبُنَا اللَّهُ بِمَا نَقُولُ ۚ حَسْبُهُمْ جَهَنَّمُ يَصْلَوْنَهَا ۖ فَبِئْسَ الْمَصِيرُ ⑧

১০। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোইনা পুন্না অরোনবা রা তান্নবদা (লমফে-খোঙফম্নবশিংগী মতৌগুম) রা তান্নগনু পাপকী অমসুং লমহেনবগী অমসুং য়াথং হীকতোকপগী রসুলগী, তৌইগুম্বসুং রা তান্নৌ অফবা ভৌবগী অমসুং ধর্ম্ম চেনবগী, অমসুং কিয়ু অল্লাহবু—মঙোন্দা নখোই (পুম্নমক) খোমজনবিগনি।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا إِذَا تَنَاجَيْتُمْ فَلَا تَتَنَاجَوْا بِالْإِثْمِ وَالْعُدْوَانِ وَمَعْصِيَتِ الرَّسُولِ وَتَنَاجَوْا بِالْبِرِّ وَالتَّقْوَىٰ ۖ وَاتَّقُوا اللَّهَ الَّذِي إِلَيْهِ تُحْشَرُونَ ⑨

১১। অরোনবা রা তান্নবদি শৈতানগী থৌওংনি, অদুনা মহাকনা অরাবা শরুকহন্নবগী অচুম্বা থাজবশিংবু; তৌইগুম্বসুং অমাঙবা থোকহনবা করিসু ঙমদে মখোইদা অল্লাহগী ময়াথং নত্তনা। অদুগা অচুম্বা থাজবশিংনা আশা তৌগদবনি অল্লাহতদা।

إِنَّمَا النَّجْوَىٰ مِنَ الشَّيْطَانِ لِيَحْزُنَ الَّذِينَ آمَنُوا وَلَيْسَ بِضَارِّهِمْ شَيْئًا إِلَّا بِإِذْنِ اللَّهِ ۚ وَعَلَى اللَّهِ فَلْيَتَوَكَّلِ الْمُؤْمِنُونَ ⑩

১২। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোইদা অসি

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا إِذَا قِيلَ لَكُمْ تَفَسَّحُوا فِي

الْمَجٰلِسِ فَافْسَحُوْا يَفْسَحِ اللّٰهُ لَكُمْ ۚ وَ اِذَا قِيْلَ انْشُزُوْا فَانْشُزُوْا يَرْفَعِ اللّٰهُ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا مِنْكُمْ ۙ وَالَّذِيْنَ اُوْتُوا الْعِلْمَ دَرَجٰتٍ ؕ وَ اللّٰهُ بِمَا تَعْمَلُوْنَ خَبِيْرٌ ۝

হায়বদা মফম শেম্মু (অতোপ্পগীদমক, নখোইগী) মীতিন্নফমশিংদা, অদুগী মতুংইন্না মফম হেক শেম্মু (মহৈ-মহৈ থৈজিন্নদুনা) ; অল্লাহনা মরাং কায়হনবিগনি মফম নখোইগীদমক। অদুগা (ফমফমদগী) 'হৌগৎলু' হায়বদা (থৌশাদদুনা ফমজন্দুনা লৈগনু) ফুক হেক হৌগৎলু ; অল্লাহনা য়াংখৎহনবিগনি অচুম্বা থাজবশিংবু নখোইগী মরক্তগী অমসুং জ্ঞান চৈরোই- নহনবিখিবশিংবু (ঈকাইখুম্নবগী) থাকদা। অদুগা অল্লাহনা মুন্না খঙবনি নখোইনা তৌবদু।

يٰۤاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْۤا اِذَا نَاجَيْتُمُ الرَّسُوْلَ فَقَدِّمُوْا بَيْنَ يَدَيْ نَجْوٰىكُمْ صَدَقَةً ؕ ذٰلِكَ خَيْرٌ لَّكُمْ وَ اَطْهَرُ ؕ فَاِنْ لَّمْ تَجِدُوْا فَاِنَّ اللّٰهَ غَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ۝۱۲

১৩। হে অচুম্বা থাজবশিং ! নখোইনা লন্নাই ওইনা য়া তান্নবদা রসুলগা, দান খরা পীয়ু নখোইনা য়া তান্নবগী মমাংদা (মহাক্কা লোয়ননা)। মসি ওইগনি নখোইগীদমক্তা হেন্না অফবা অমসুং অশেংবা। তৌইগুম্বসুং নখোইনা করিসু লৈজদ্রবদি (পীনবগী মঙোন্দা), মতমদুদা তশেংবমক অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

ءَاَشْفَقْتُمْ اَنْ تُقَدِّمُوْا بَيْنَ يَدَيْ نَجْوٰىكُمْ صَدَقٰتٍ ؕ فَاِذْ لَمْ تَفْعَلُوْا وَ تَابَ اللّٰهُ عَلَيْكُمْ فَاَقِيْمُوا الصَّلٰوةَ وَ اٰتُوا الزَّكٰوةَ وَ اَطِيْعُوا اللّٰهَ وَ رَسُوْلَهٗ ؕ وَ اللّٰهُ خَبِيْرٌۢ بِمَا تَعْمَلُوْنَ ۝۱۳

১৪। করি ! নখোই কিব্রা দান (খরা-খরা) পীবদা নখোইনা নরন্নাই য়া তান্নদরিঙৈগী মমাংদা (রসুলগা লোয়ননা) ? মরমদুনা নখোইনা তৌদ্রবসু মদু — অল্লাহনা ঙাকপিগনি নখোইবু; অদুনা নমাজ তৌ অমসুং জকাত পীয়ু, অমসুং ইল্লু ময়াথং অল্লাহগী অমসুং মহাক্কী রসুলগী। অদুগা অল্লাহনা মুন্না খঙই নখোইনা তৌবদু।

৩ শুবা রুকূ

اَلَمْ تَرَ اِلَى الَّذِيْنَ تَوَلَّوْا قَوْمًا غَضِبَ اللّٰهُ عَلَيْهِمْ ؕ مَا هُمْ مِّنْكُمْ وَ لَا مِنْهُمْ ۙ وَ يَحْلِفُوْنَ عَلَى الْكَذِبِ وَ هُمْ يَعْلَمُوْنَ ۝۱۴

১৫। নং উদব্রা (মতাং হৈবশিং) মখোইদো — মখোইনা মরূপনৈ অল্লাহনা শাউবিখ্রবা মী কাঙলুপ অমগা ? মখোই ওইদে নখোইগী নত্তগা ওইদে মখোইগীসু (অনিগী মরক্তা হ্নও মাও তৌদুনা লৈ) অমসুং মখোইনা খঙনা-খঙনা তৌই মীনম্বা য়াশক।

اَعَدَّ اللّٰهُ لَهُمْ عَذَابًا شَدِيْدًا ؕ اِنَّهُمْ سَآءَ مَا كَانُوْا يَعْمَلُوْنَ ۝۱۵

১৬। অল্লাহনা থৌরাং তৌবিখ্রে মখোইগীদমক্তা অকনবা চৈরাক (লম্বী অনি শাজৎনবগী)। তশেংবমক ফত্তবনি মখোইনা তৌরিবা মতৌদু।

১৭। মখোইনা লৌখ্রে মখোইগী (মীনস্বা) রাশকশিংবু চুঙ্গোয় ওইনা অমসুং মদুনা মখোইনা থিংই মীশিংবু অল্লাহগী লম্বীদগী; মরমদুনা মখোইগীদমক্তি চোপহনবগী চৈরাক দণ্ডিনি।

اِتَّخَذُوْٓا اَيْمَانَهُمْ جُنَّةً فَصَدُّوْا عَنْ سَبِيْلِ اللّٰهِ فَلَهُمْ عَذَابٌ مُّهِيْنٌ (١٦)

১৮। মখোইগী মরন-মথুমনা নত্ত্রগা মচা-মশুশিংনা মতেং করিসু পীরোই মখোইদা অল্লাহগী মায়োক্তা। মখোই ওইগনি মরূপশিং খাম্বি মৈগী, মদুগী মনুংদা মখোই (চাক্রুনা) লৈরগনি।

لَنْ تُغْنِيَ عَنْهُمْ اَمْوَالُهُمْ وَلَآ اَوْلَادُهُمْ مِّنَ اللّٰهِ شَيْـًٔا ۗ اُولٰٓئِكَ اَصْحٰبُ النَّارِ ۗ هُمْ فِيْهَا خٰلِدُوْنَ (١٧)

১৯। কোরৌ নুমিৎ অদুদা অল্লাহনা হিংগৎহল্লবদা মখোই পুম্নমকবু পুল্লপ্পা, মখোইনা রাশক্কনি মঙোন্দা (হৌজিক) মখোইনা রাশকপগুম নখোইদা. অমসুং মখোইনা খনগনি মখোইগী লৈ (মরাল কোক্কভাই) মরম খরা। য়েংউ, তশেংবমক মখোইসে লৌশিং মীনম লাংথাকপশিংনি।

يَوْمَ يَبْعَثُهُمُ اللّٰهُ جَمِيْعًا فَيَحْلِفُوْنَ لَهٗ كَمَا يَحْلِفُوْنَ لَكُمْ وَيَحْسَبُوْنَ اَنَّهُمْ عَلٰى شَيْءٍ ۗ اَلَآ اِنَّهُمْ هُمُ الْكٰذِبُوْنَ (١٨)

২০। শৈতান্না দখল তৌবিখ্রে মখোইবু, মরমদুনা মহাকনা কাওহনবিখ্রে মখোইবু অল্লাহবু নীংশিঙবা। মখোই খুৎপুনি শৈতানগী। য়েংউ! শৈতানগী খুৎপুদি অমাঙবা খুৎপুশিংনি।

اِسْتَحْوَذَ عَلَيْهِمُ الشَّيْطٰنُ فَاَنْسٰىهُمْ ذِكْرَ اللّٰهِ ۗ اُولٰٓئِكَ حِزْبُ الشَّيْطٰنِ ۗ اَلَآ اِنَّ حِزْبَ الشَّيْطٰنِ هُمُ الْخٰسِرُوْنَ (١٩)

২১। তশেংবমক অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুলবু মায়োক্লবশিং তিনগনি লৈখা তারবশিংগী মরক্তা।

اِنَّ الَّذِيْنَ يُحَآدُّوْنَ اللّٰهَ وَرَسُوْلَهٗٓ اُولٰٓئِكَ فِى الْاَذَلِّيْنَ (٢٠)

২২। অল্লাহনা য়াথংনবিখ্রেঃ "শোয়দনমক জয় ওইগনি ঐ অমসুং ঐগী রসুলশিংনা।" তশেংবমক অল্লাহদি শক্তি লৈবনি, পাঙ্গলবনি।

كَتَبَ اللّٰهُ لَاَغْلِبَنَّ اَنَا وَرُسُلِيْ ۗ اِنَّ اللّٰهَ قَوِيٌّ عَزِيْزٌ (٢١)

২৩। নংনা ফংলোই জাতি অমতা চপচানা থাজখ্রবনা অল্লাহ অমসুং অরোয়বা নুমিৎপু মরূপনবা অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলবু মায়োক্লবশিংগা, ওইখ্রবা ফাওবদা মখোইদু মখোইগী মপাশিং নত্ত্রগা মখোইগী মচা নিপাশিং নত্ত্রগা মখোইগী মচিন-মনাওশিং নত্ত্রগা মখোইগী মরী-মতাশিং। মখোইসিগী মথম্মোইশিংদা অল্লাহনা হাপ্পিখ্রে (অচুম্বা) ধর্ম্মদা থাজবা অমসুং মখোইবু মপাঙ্গল কনহনবিখ্রে রাখল অমদি শক্তি

لَا تَجِدُ قَوْمًا يُّؤْمِنُوْنَ بِاللّٰهِ وَالْيَوْمِ الْاٰخِرِ يُوَآدُّوْنَ مَنْ حَآدَّ اللّٰهَ وَرَسُوْلَهٗ وَلَوْ كَانُوْٓا اٰبَآءَهُمْ اَوْ اَبْنَآءَهُمْ اَوْ اِخْوَانَهُمْ اَوْ عَشِيْرَتَهُمْ ۗ اُولٰٓئِكَ كَتَبَ فِيْ قُلُوْبِهِمُ الْاِيْمَانَ وَاَيَّدَهُمْ بِرُوْحٍ

مِّنْهُ ۗ وَيُدْخِلُهُمْ جَنّٰتٍ تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ خٰلِدِيْنَ فِيْهَا ۗ رَضِيَ اللّٰهُ عَنْهُمْ وَرَضُوْا عَنْهُ ۗ اُولٰٓئِكَ حِزْبُ اللّٰهِ ۗ اَلَآ اِنَّ حِزْبَ اللّٰهِ هُمُ الْمُفْلِحُوْنَ ﴿٢٢﴾

হাপ্পিদুনা মঙোন্দগী। অদুগা মহাকনা চঙহনবিগনি মখোইবু স্বর্গ লৈকোনশিংদা মখা ভদুদা তুরেলশিং | ঈচেল্লি—মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগনি। অল্লাহনা পেনবিরে মখোইবু (মখোইনা তৌখিবা থবকশিংগী) অমসুং মখোইসু পেনজরে মঙোন্দা। মখোই অল্লাহগী কাঙবুনি। য়েংউ! অল্লাহগী কাঙবুনা শোয়দনমক মমায় পাক্কনি।




সূরহ ৫৯ অল-হশর

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২৫ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ﴿١﴾

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

سَبَّحَ لِلّٰهِ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَمَا فِي الْاَرْضِ ۚ وَهُوَ الْعَزِيْزُ الْحَكِيْمُ ﴿٢﴾

২। স্বর্গদা লৈবাপুম্বনা অমসুং পৃথিবীদা লৈবাপুম্বনা থাগৎচৈ (মতিক মঙাল অচৌবা) অল্লাহবু অমসুং মহাক্তি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

هُوَ الَّذِيْٓ اَخْرَجَ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا مِنْ اَهْلِ الْكِتٰبِ مِنْ دِيَارِهِمْ لِاَوَّلِ الْحَشْرِ ۗ مَا ظَنَنْتُمْ اَنْ يَّخْرُجُوْا وَظَنُّوْٓا اَنَّهُمْ مَّانِعَتُهُمْ حُصُوْنُهُمْ مِّنَ اللّٰهِ فَاَتٰىهُمُ اللّٰهُ مِنْ حَيْثُ لَمْ يَحْتَسِبُوْا ۗ وَقَذَفَ فِيْ قُلُوْبِهِمُ الرُّعْبَ يُخْرِبُوْنَ بُيُوْتَهُمْ بِاَيْدِيْهِمْ وَاَيْدِي

৩। মহাকননি তাহোকপিথিবা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু কিতাব ফংখ্রবশিংগী মরক্তুগী ময়ুমশিংদগী অহানবা লোই পাবদা। নংনা নীংখিদে মখোই (অনীংবা অমগী মখা পোন্দুনা) চৎথোকখিগনি হায়বা, অমসুং মখোইনা খনখি মদুদি মখোইগী কিল্লাশিংনা ঙাক্কনি মখোইবু অল্লাহ(গী দণ্ডি)দগী। তৌইগুম্বসুং অল্লাহ (গী দণ্ডি) লাকখি মখোইদা অদুগুম্বা মফমদগী মখোইনা আশা তৌখিদবা, অমসুং অকিবা চঙহনবিখি মখোইগী মথম্মোইনুংশিংদা, অদুনা মখোইনা মাঙহনজখি মখোইগী ময়ুম-মকৈশিং মখোইগী মখুৎশিংনা অমসুং (মখোইগী অরেম-

الْمُؤْمِنِينَ فَاعْتَبِرُوا يَا أُولِي الْأَبْصَارِ ②

খাকশিংদু মাঙহনবিখি) ঈমানদারশিংগী মখুৎ-শিংনা। মরমদুনা লৌ পারা অমা (মখোইগী অরাবা দশাদগী), হে চেংলৌ মমিৎ পানবশিং!

وَلَوْلَا أَنْ كَتَبَ اللَّهُ عَلَيْهِمُ الْجَلَاءَ لَعَذَّبَهُمْ فِي الدُّنْيَا وَلَهُمْ فِي الْآخِرَةِ عَذَابُ النَّارِ ③

৪। অদুগা অল্লাহনা করিগুম্বা নোংদমবিরমদ্রবদি লোই থাবা মখোইবু, মহাকনা শোয়দনমক থাবিরমগনি মখোইবু (অকনবা) চৈরাক সংসার অসিদা। অদুগা শিরবা মতুংগী পুন্সিদা মখোইগীদমক (তৈয়ারনি) মৈগী চৈরাক।

ذَٰلِكَ بِأَنَّهُمْ شَاقُّوا اللَّهَ وَرَسُولَهُ ۖ وَمَنْ يُشَاقِّ اللَّهَ فَإِنَّ اللَّهَ شَدِيدُ الْعِقَابِ ④

৫। মদুগী মরমদি মখোইনা য়েক্লখি অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুলবু; অমসুং কনাগুম্বনা (হৌন-শাজৎ খঙদনা) য়েক্লরবদি অল্লাহবু — মতমদুদা তশেংবমক অল্লাহদি শাথীবনি লমল খুম্বদা।

مَا قَطَعْتُمْ مِنْ لِينَةٍ أَوْ تَرَكْتُمُوهَا قَائِمَةً عَلَىٰ أُصُولِهَا فَبِإِذْنِ اللَّهِ وَلِيُخْزِيَ الْفَاسِقِينَ ⑤

৬। খজুর পাম্বীশিং নখোইনা য়াংথকখিবদু নত্রগা নখোইনা খাকখিবদু (মউ কায়দনা), অল্লাহগী হুকুমনা তৌখিবনি, অদুনা মহাকনা ঈকাই ফিরুক খুমহন্নবগী লমহেনবশিংবু।

وَمَا أَفَاءَ اللَّهُ عَلَىٰ رَسُولِهِ مِنْهُمْ فَمَا أَوْجَفْتُمْ عَلَيْهِ مِنْ خَيْلٍ وَلَا رِكَابٍ وَلَٰكِنَّ اللَّهَ يُسَلِّطُ رُسُلَهُ عَلَىٰ مَنْ يَشَاءُ ۚ وَاللَّهُ عَلَىٰ كُلِّ شَيْءٍ قَدِيرٌ ⑥

৭। অদুগা অল্লাহনা পীখিবা মালমখৈ মহাক্কী রসুলদা মখোইদগী (লান ইতৌ-তৌনদনা, নখোইগী হক করিসু লৈতে; মরমদি) নখোইনা শাথৌখিদে শগোল নত্রগা উট (মদু ফংনবগী-দমক); তোইগুম্বসুং অল্লাহনা পী শক্তি মহাক্কী রসুলশিংদা মহাকনা অপাম্বশিংগী মথক্তা। অল্লাহদি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

مَا أَفَاءَ اللَّهُ عَلَىٰ رَسُولِهِ مِنْ أَهْلِ الْقُرَىٰ فَلِلَّهِ وَلِلرَّسُولِ وَلِذِي الْقُرْبَىٰ وَالْيَتَامَىٰ وَالْمَسَاكِينِ وَابْنِ السَّبِيلِ كَيْ لَا يَكُونَ دُولَةً بَيْنَ الْأَغْنِيَاءِ مِنْكُمْ ۚ وَمَا آتَاكُمُ الرَّسُولُ فَخُذُوهُ وَمَا نَهَاكُمْ

৮। অল্লাহনা পীখিবা মালমখৈ মহাক্কী রসুলদা শহরগী মীশিংদগী অল্লাহগীনি অমসুং (মদু য়েনগদবনি চপমান্নবা খায়দোকলগা) রসুলদা অমসুং (মহাক্কী) অনকপা মরী-মতাশিংদা অমসুং পা-মা লৈতরবা মচাশিংদা অমসুং লাইর-চুথবশিংদা অমসুং লংফৈ চৎপশিংদা—অদুনা মদু লৌশিন্দনবা ইনাকখুনবশিংতনা নখোইগী মরক্তা। অদুগা রসুলনা পীবমখৈ নখোইদা (মহাক্কী শরুক্তগী — য়ামলবসু য়ামদ্রবসু), লৌ মদু;

عَنْهُ فَانْتَهُوْا ۚ وَاتَّقُوا اللّٰهَ ۖ إِنَّ اللّٰهَ شَدِيْدُ الْعِقَابِ ⑦

অমসুং মহাকনা থিংবমখৈ নখোইবু (তৌদনবগী), হন্দোকও (মদুদগী)। অদুগা কিনা (ভক্তি) তৌ অল্লাহবু। তশেংবমক অল্লাহদি শাথীবনি লমল খুন্বদা।

لِلْفُقَرَآءِ الْمُهٰجِرِيْنَ الَّذِيْنَ أُخْرِجُوْا مِنْ دِيَارِهِمْ وَأَمْوَالِهِمْ يَبْتَغُوْنَ فَضْلًا مِّنَ اللّٰهِ وَرِضْوَانًا وَّيَنْصُرُوْنَ اللّٰهَ وَرَسُوْلَهُ ۚ أُولٰٓئِكَ هُمُ الصّٰدِقُوْنَ ⑧

৯। (মালশিংসে লাইরবা (মক্কহরালা) রিফিউজীশিংগীদমকনি, মখোইদু তাথোক-পিখ্রবনি মখোইগী ময়ুমশিংদগী অমসুং মখোইগী মমাল মসালশিংদগী, মখোই থিদুনা লৈরিবনি অল্লাহগী থৌজাল অমসুং (মহাক্কী) য়াবিবা. অদুনা তেংবাংনবগী অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুলবু। মখোইসি অচুম্বা লম্বীনবশিংনি।

وَالَّذِيْنَ تَبَوَّؤُ الدَّارَ وَالْإِيْمَانَ مِنْ قَبْلِهِمْ يُحِبُّوْنَ مَنْ هَاجَرَ إِلَيْهِمْ وَلَا يَجِدُوْنَ فِيْ صُدُوْرِهِمْ حَاجَةً مِّمَّآ أُوْتُوْا وَيُؤْثِرُوْنَ عَلٰٓى أَنْفُسِهِمْ وَلَوْ كَانَ بِهِمْ خَصَاصَةٌ ۚ وَمَنْ يُّوْقَ شُحَّ نَفْسِهِ فَأُولٰٓئِكَ هُمُ الْمُفْلِحُوْنَ ⑨

১০। (হান্না) য়ুম লিংদুনা (মদীনহ শহরদা) লৈবা অমসুং ধর্ম্ম লৌখ্রবশিং মখোইগী মমাংদা, মখোইনা নুংশি মখোইগী মনাক্তা য়ুম হোংলকপশিংবু, অমসুং অপাম্বা (লৌনীংবা) করিসু লৈতে মখোইগী থনুংদা মখোই (রিফিউজীশিং)দা পীখিবগী (ফংহৌবা মালশিংদগী), তৌইগুম্বসুং মখোইনা য়াম্না খল্লি (রিফিউজীশিংবু) মখোইদগী হেন্না, মখোইনা লৈতবনা নংলবা ফাওবদা। অদুগা কনাগুম্বনা ঙাক্তুনা থম্বা ঙমলবদি মশাবু মথল্লাইগী মিহৌ-করাম্বদগী, মখোইসি (শোয়দনমক) ওইগনি মমায় পাকপা।

وَالَّذِيْنَ جَآءُوْ مِنْ بَعْدِهِمْ يَقُوْلُوْنَ رَبَّنَا اغْفِرْ لَنَا وَلِإِخْوَانِنَا الَّذِيْنَ سَبَقُوْنَا بِالْإِيْمَانِ وَلَا تَجْعَلْ فِيْ قُلُوْبِنَا غِلًّا لِّلَّذِيْنَ اٰمَنُوْا رَبَّنَآ إِنَّكَ رَءُوْفٌ رَّحِيْمٌ ⑩ ع

১১। অদুগা মখোইগী মতুংদা লাকপা (অকোনবা য়ুগকী মুসলিম)শিংনা হায়: "ঐখোইগী মপুও! কোকপিয়ু ঐখোইবু অমসুং ঐখোইগী ইচিন ইনাওশিং ঐখোইদগী হান্না মাঙ-থাখিবশিং ধর্ম্মদা, অমসুং থম্বিগনু কল্লক-য়েংথীবা অমতা ঐখোইগী থম্মোই-নুংশিংদা (ঐখোইগী লোন্দা) ধর্ম্ম থাজবশিংদা। ঐখোইগী মপুও! নহাক্তি তশেংবমক মীনুংশি চাওবনি, নুংশিহৈবনি।

২ শুবা রুকূ

أَلَمْ تَرَ إِلَى الَّذِينَ نَافَقُوا يَقُولُونَ لِإِخْوَانِهِمُ الَّذِينَ كَفَرُوا مِنْ أَهْلِ الْكِتٰبِ لَئِنْ أُخْرِجْتُمْ لَنَخْرُجَنَّ مَعَكُمْ وَلَا نُطِيعُ فِيكُمْ أَحَدًا أَبَدًا وَإِنْ قُوتِلْتُمْ لَنَنْصُرَنَّكُمْ وَاللّٰهُ يَشْهَدُ إِنَّهُمْ لَكٰذِبُونَ ﴿١١﴾

১২। নং উদব্রা মতাৎ তৌবশিংদু? মখোইনা হায় মখোইগী লমফৈ-খোঙফম্নবা মচিন মনাওশিংদা কিতাব ফংখ্রবশিংগী মরক্তগী, "নখোইবু তাথোকলবদি (নখোইগী মকাইফমদগী), ঐখোই শোয়দনমক চখোকমিন্নগনি নখোইগা লোয়ননা অমসুং ঐখোই কদৌঙেদসু হায়বা ইল্লোই নখোইগী মায়োক্তা, অমসুং নখোইদা করিগুম্বা লান তৌরবদি, ঐখোইনা তশেংবমক তেংবাংবিগনি নখোইবু।" তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা সাক্ষীনি মদুদি (রাঙাঙ ফজবা) মখোই থাঙ্গৈমকশেংনা (তৌরোইদবা থবক্তা হোয়া ফবনি অমসুং) মীনমজাওবশিংনি।

لَئِنْ أُخْرِجُوا لَا يَخْرُجُونَ مَعَهُمْ وَلَئِنْ قُوتِلُوا لَا يَنْصُرُونَهُمْ وَلَئِنْ نَصَرُوهُمْ لَيُوَلُّنَّ الْأَدْبَارَ ثُمَّ لَا يُنْصَرُونَ ﴿١٢﴾

১৩। মখোইবু তাথোকলবদি, (মতাৎ হৈবশিং) মখোই কদৌঙেদসু চৎলোই (য়হুদীশিং) মখোইগা লোয়ননা; অমসুং মখোইগা করিগুম্বা লান তৌনরবসু, মখোই (মতাৎ হৈবশিং)না তেংবাং-বিরোই মখোইবু। তাদুগা মখোইনা (অহানবদা) তেংবাংলবসু মখোইবু, মখোই তশেংবমক মমায় ওথোকখিগনি (তানফম চিশল্লকলবদা মখোইবু কংথা থাদোকলমদুনা); অদুগী তুংদা মখোইবু (কনামতনা) তেংবাং বিরোই।

لَأَنْتُمْ أَشَدُّ رَهْبَةً فِي صُدُورِهِمْ مِنَ اللّٰهِ ذٰلِكَ بِأَنَّهُمْ قَوْمٌ لَا يَفْقَهُونَ ﴿١٣﴾

১৪। (হে মুসলিমশিং!) নখোইবু কিবনা মখোইগী মথম্মোইনুংশিংদা য়াম্না হেল্লি অল্লাহ (বু কিব)দগী। মদুগী মরমদি মখোই করিসু খঙদবা মীশিংনি।

لَا يُقَاتِلُونَكُمْ جَمِيعًا إِلَّا فِي قُرًى مُحَصَّنَةٍ أَوْ مِنْ وَرَاءِ جُدُرٍ بَأْسُهُمْ بَيْنَهُمْ شَدِيدٌ تَحْسَبُهُمْ جَمِيعًا وَقُلُوبُهُمْ شَتّٰى ذٰلِكَ بِأَنَّهُمْ قَوْمٌ لَا يَعْقِلُونَ ﴿١٤﴾

১৫। মখোই পুল্লপ পুনশন্দুনা লান থেংনরোই নখোই (মুসলিমশিং)গা নত্তনা লানবল শাদুনা কনহনখ্রবা শহরশিং(গী মনুং)দা (নাথুপ্লুনা) লৈরগা নত্ত্রগা দেরাল মরুমদা (লুমদুনা খোঙ) ঙাইরগা। মখোইগী মরক্তা খৎনবা কল্লি। নংনা খল্লি মখোই অমতা ওই হায়না, তৌইগুম্বসুং মখোইগী থম্মোইশিং তোখায়-তোখায়নি। মদুগী মরমদি মখোই জ্ঞান লৈতবা মীশিংনি।

كَمَثَلِ الَّذِينَ مِن قَبْلِهِمْ قَرِيبًا ذَاقُوا وَبَالَ أَمْرِهِمْ وَلَهُمْ عَذَابٌ أَلِيمٌ ⑮

১৬। মখোইগী (ফিবমগা) মান্নবা মতৌদি মখোইগী মমাং খরদা মখোইনা তৌবা থবকশিংগী ফত্তবা মহৈ চাখ্রবা মখোই অদুগুম্বনি; অমসুং মখোই ফংগনি অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

كَمَثَلِ الشَّيْطَانِ إِذْ قَالَ لِلْإِنسَانِ اكْفُرْ فَلَمَّا كَفَرَ قَالَ إِنِّي بَرِيءٌ مِّنكَ إِنِّي أَخَافُ اللَّهَ رَبَّ الْعَالَمِينَ ⑯

১৭। (মতাং হৈবশিংনা তৌবিখি নমথাক য়হুদীশিংবু) শৈতানগী মতৌগুম্না, মহাকনা হায় মীদাঃ "(ধর্ম্ম) য়াদবা ওইনা লৈয়ু," তৌইগুম্বসুং মহাকনা (ধর্ম্ম) য়াদবা ওইরবদা, মহাকনা (অমুকহন্না) হায়ঃ "ঐনা থাদোকলে নংবু; ঐনা কিজে অল্লাহবু —(মহাক্তি) মপুনি সংসার পুম্নমক্কী।"

فَكَانَ عَاقِبَتَهُمَا أَنَّهُمَا فِي النَّارِ خَالِدَيْنِ فِيهَا وَذَٰلِكَ جَزَاءُ الظَّالِمِينَ ⑰

১৮। মরমদুনা মখোই অনিমক্কী পোল্লোইদি অসিনি; মখোই অনিমক (রাখৈগনি) থাম্বি মৈদা, মদুগী মনুংদা লৈগনি (নুংশাংনা)। অসিগুম্বনি মনা-মথিন অরানবা লম্বীনবশিংগী।

৩ শুবা রুকূ

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا اتَّقُوا اللَّهَ وَلْتَنظُرْ نَفْسٌ مَّا قَدَّمَتْ لِغَدٍ وَاتَّقُوا اللَّهَ إِنَّ اللَّهَ خَبِيرٌ بِمَا تَعْمَلُونَ ⑱

১৯। হে অচুম্বা থাজবশিং! কিয়ু অল্লাহবু অমসুং মী খুদিংনা (চেকশিন্না) য়েংজসনু মহাকনা করি (অফবা) চেংজেন থাবা হয়েং (পুনা-হংনা য়াদবা নুমিৎ)গী। অদুগা কিয়ু অল্লাহবু। তশেংবমক, অল্লাহনা মুন্না খঙবনি নখোইনা তৌবদু।

وَلَا تَكُونُوا كَالَّذِينَ نَسُوا اللَّهَ فَأَنسَاهُمْ أَنفُسَهُمْ أُولَٰئِكَ هُمُ الْفَاسِقُونَ ⑲

২০। অদুগা নখোই ওইগনু অল্লাহবু কাওখ্রবা মীশিংগুম (মখোইনা য়াই শৈতান্না হোইবদা), মরমদুনা অল্লাহনা অকাওবা শরুক্কহনবিখ্রে মখোইগী থরাই শিং (গী য়াইফরম)। মখোইসি লমকেৎ লমহাইবশিংনি।

لَا يَسْتَوِي أَصْحَابُ النَّارِ وَأَصْحَابُ الْجَنَّةِ أَصْحَابُ الْجَنَّةِ هُمُ الْفَائِزُونَ ⑳

২১। থাম্বি মৈগী মরূপশিং অমসুং হৈকোন-লৈকোনগী মরূপশিং মান্নদে। হৈকোন-লৈকোনগী মরূপশিংদি (নুংঙাইবগী) থাকলোন থাকলোন কাখৎনিঙঙাইনি।

لَوْ أَنزَلْنَا هَٰذَا الْقُرْآنَ عَلَىٰ جَبَلٍ لَّرَأَيْتَهُ خَاشِعًا

২২। ঐখোইনা করিগুম্বা থারমলবদি কুরআন

مُتَصَدِّعًا مِّنْ خَشْيَةِ اللّٰهِ ۚ وَتِلْكَ الْأَمْثَالُ نَضْرِبُهَا لِلنَّاسِ لَعَلَّهُمْ يَتَفَكَّرُونَ ﴿٢١﴾

অসি চীংজাও অমদা, নংনা শোয়দনমক উরমগনি মদু (শাংনা) তুথবা অমসুং মচেৎ-মচেৎ কায়দুনা নীংখায়বা অল্লাহবু কিবনা। অদুগা পুম্নমকসি মান্নবা মতৌশিংনি ঐখোইনা উৎপিরিবা তাইবঙ মীওইশিংগীদমক অদুনা মখোইনা ধ্যান তৌজনবা।

هُوَ اللّٰهُ الَّذِي لَا إِلٰهَ إِلَّا هُوَ ۚ عٰلِمُ الْغَيْبِ وَالشَّهَادَةِ ۖ هُوَ الرَّحْمٰنُ الرَّحِيمُ ﴿٢٢﴾

২৩। মহাক অল্লাহনি, চাঁঙু লাই কনামতা লৈতে মহাক নত্তবা, (মহাক্তি) অখঙবনি উদবা অমসুং উবগী। মহাক্তি থৌজালহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

هُوَ اللّٰهُ الَّذِي لَا إِلٰهَ إِلَّا هُوَ ۚ الْمَلِكُ الْقُدُّوسُ السَّلٰمُ الْمُؤْمِنُ الْمُهَيْمِنُ الْعَزِيزُ الْجَبَّارُ الْمُتَكَبِّرُ ۚ سُبْحٰنَ اللّٰهِ عَمَّا يُشْرِكُونَ ﴿٢٣﴾

২৪। মহাক অল্লাহনি, চাঁঙু লাই কনামতা লৈতে মহাক নত্তবা—নিংথৌরেন্নি, অশেংবনি, হৌফমনি অঙৈবগী, খুদোংথীবা / লৈহন্দবনি, ঙাকপি-শেনবিহৈবনি, পাঙ্গলবনি, লাকহৎপা ঙম্বনি, ইরাং-রাংবনি। অশেংবনি অল্লাহদি মখোইনা (নাতৈ চাদনা) থৈজল্লিবশিং অদুদগী (মঙোন্দা)।

هُوَ اللّٰهُ الْخٰلِقُ الْبَارِئُ الْمُصَوِّرُ لَهُ الْأَسْمَاءُ الْحُسْنٰى ۚ يُسَبِّحُ لَهُ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَالْأَرْضِ ۖ وَهُوَ الْعَزِيزُ الْحَكِيمُ ﴿٢٤﴾

২৫। মহাক অল্লাহনি, লৈশেম-নুংশেম্বনি, অশাবনি, মওং-মতৌ শেম্বিহৈবনি। মহাক্কীদি খ্বাইদগী হেন্না ফজবা কোলোয় মিংলেনশিংনি। স্বর্গদা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা পুম্নমকনা তরাম-তরাম্না থাগৎচৈ মহাকপু; অমসুং মহাক্তি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

سُوۡرَةُ الۡمُمۡتَحِنَةِ مَدَنِيَّةٌ (٦٠)

সূরহ ৬০ অল-মুমতহিনহ

(হিজরী মতংদা থাখি, আয়াত মশিং ১৪ নি)

بِسۡمِ اللّٰهِ الرَّحۡمٰنِ الرَّحِيۡمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুশিংহৈবা।

يٰۤاَيُّهَا الَّذِيۡنَ اٰمَنُوۡا لَا تَتَّخِذُوۡا عَدُوِّىۡ وَعَدُوَّكُمۡ اَوۡلِيَآءَ تُلۡقُوۡنَ اِلَيۡهِمۡ بِالۡمَوَدَّةِ وَقَدۡ كَفَرُوۡا بِمَا جَآءَكُمۡ مِّنَ الۡحَـقِّ‌ ۚ يُخۡرِجُوۡنَ الرَّسُوۡلَ وَاِيَّاكُمۡ‌ اَنۡ تُؤۡمِنُوۡا بِاللّٰهِ رَبِّكُمۡ ؕ اِنۡ كُنۡتُمۡ خَرَجۡتُمۡ جِهَادًا فِىۡ سَبِيۡلِىۡ وَ ابۡتِغَآءَ مَرۡضَاتِىۡ ‌ۖ تُسِرُّوۡنَ اِلَيۡهِمۡ بِالۡمَوَدَّةِ ‌ۖ وَاَنَا اَعۡلَمُ بِمَاۤ اَخۡفَيۡتُمۡ وَمَاۤ اَعۡلَنۡتُمۡ‌ؕ وَمَنۡ يَّفۡعَلۡهُ مِنۡكُمۡ فَقَدۡ ضَلَّ سَوَآءَ السَّبِيۡلِ ②

২। হে অচুম্বা থাজবশিং ! লৌগনু ঐগী য়েক্লবশিং অমসুং নখোইগী য়েক্লবশিংবু নখোইগী মরূপশিং ওইনা, নুংশিবা উত্তুনা মখোইদা, মখোইনা য়াখিদ্রবদা অচুম্বা (পাওজেন) মদু লাকখিবদা নখোইদা, তাস্বোকপিদুনা (ঐগী) রসুলবু অমসুং নখোইবু (সু নয়ুম-নকৈশিংদগী), মরমদি নখোইনা থাজে অল্লাহ, নখোইগী মপুবু।নখোইনা চখোকলবদি কন্না হোৎনবগী ঐগী লম্বীদা অমসুং থিবগী ঐগী য়াবিবা, (লৌগনু মখোইবু মরূপশিং ওইনা) থাদুনা মখোইদা (পাওথাংশিং) নুংশিবগী অরোনবদা; তৌইগুম্বসুং ঐনা খঙই নখোইনা ফোংদোকপা (দয়া মায়া) সু। অদুগা নখোই কনাগুম্বনা (মরৈ-মরা তৌবা শাজৎ) অসুম্না তৌরবদি, মহাক তশেংনমক হাইদোকখ্রে অচুম্বা লম্বীদগী।

اِنۡ يَّثۡقَفُوۡكُمۡ يَكُوۡنُوۡا لَكُمۡ اَعۡدَآءً وَّيَبۡسُطُوۡۤا اِلَيۡكُمۡ اَيۡدِيَهُمۡ وَاَلۡسِنَتَهُمۡ بِالسُّوۡٓءِ وَوَدُّوۡا لَوۡ تَكۡفُرُوۡنَؕ ③

৩। মখোইনা মকোক থোংলবদি নখোইগী, মখোই ওইগনি য়েক্লবশিং নখোইগী, অমসুং মখোইনা তিংথোরক্কনি মখুৎশিং অমসুং মরৈতোনশিং নখোইরোমদা ফত্তবা (অনীংব)গা লোয়ননা; অমসুং মখোই থরাই-য়াওনা পামই নখোইনা ওইরকপা (অচুম্বা) থাজদবশিং।

لَنۡ تَنۡفَعَكُمۡ اَرۡحَامُكُمۡ وَلَاۤ اَوۡلَادُكُمۡ ‌ۛۚ يَوۡمَ الۡقِيٰمَةِ ‌ۛۚ يَفۡصِلُ بَيۡنَكُمۡ‌ؕ وَاللّٰهُ بِمَا تَعۡمَلُوۡنَ بَصِيۡرٌ ④

৪। নখোইগী মরী-মতানা নত্ত্রগা নচা-নগুশিংনা কান্নবা করিসু পীরোই শিবদগী অমুক হিংগৎহনবা নুমিত্তা। মহাকনা রারেপ্পিগনি নখোইগী মরক্তা। অদুগা অল্লাহদি উবনি নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

قَدۡ كَانَتۡ لَـكُمۡ اُسۡوَةٌ حَسَنَةٌ فِىۡۤ اِبۡرٰهِيۡمَ وَالَّذِيۡنَ

৫। তশেংবমক (তমজনিঙঙাই ওইবা) অফবা নমুনহ অমা লৈ নখোইগীদমক্তা ইব্রাহীম অমসুং

مَعَهٗٓ ۚ اِذْ قَالُوْا لِقَوْمِهِمْ اِنَّا بُرَءٰٓؤُا مِنْكُمْ وَمِمَّا تَعْبُدُوْنَ مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ ۫ كَفَرْنَا بِكُمْ وَبَدَا بَيْنَنَا وَبَيْنَكُمُ الْعَدَاوَةُ وَالْبَغْضَآءُ اَبَدًا حَتّٰى تُؤْمِنُوْا بِاللّٰهِ وَحْدَهٗٓ اِلَّا قَوْلَ اِبْرٰهِيْمَ لِاَبِيْهِ لَاَسْتَغْفِرَنَّ لَكَ وَمَآ اَمْلِكُ لَكَ مِنَ اللّٰهِ مِنْ شَيْءٍ ۭ رَبَّنَا عَلَيْكَ تَوَكَّلْنَا وَاِلَيْكَ اَنَبْنَا وَاِلَيْكَ الْمَصِيْرُ ۝

মহাক্কা লোয়নখিবশিংদা —মখোইনা হায়খি মখোইগী মীশিংদাঃ "ঐখোইনা থাদোকচরে নখোইবু অমসুং নখোইনা ঈরাৎ পুজা তৌরিবা অল্লাহ নত্তবদু। ঐখোইনা থাজদে নখোইবু, অমসুং ঐখোই অমসুং নখোইগী মরক্তা য়ানদবা অমসুং য়েংথীনবা লৈরগনি মতমপুম্বা, নখোইনা থাজদরিবা ফাওবা অল্লাহ মথন্তবু" অদু নত্তনা ইব্রাহীমনা হায়খি মহাক্কী মপাবুংদাঃ "ঐনা শোয়দনমক হায়জবিগনি নংগী '(অয়োন-অরান) কোকপিনবগীদমক, তৌইগুম্বসুং ঐগী পাঙ্গল লৈতে করিগুম্বা পোৎ অমা তৌবগী নংগীদমক অল্লাহগী মায়োক্তা।" (ইব্রাহীম অমসুং মহাক্কী খুৎপুনা হঙ্গৎচখিঃ) "ঐখোইগী মপুও! ঐখোইনা আশা তৌজে নংঙোন্দা অমসুং নংঙোন্দা ঐখোইনা ওনশিনজে (হৈপাপকী অরাবা নুংঙাইতবা ফোংদোকচদুনা), অমসুং নংঙোন্দা ঐখোইগী (অরোয়বা) হনজনফমনি।

رَبَّنَا لَا تَجْعَلْنَا فِتْنَةً لِّلَّذِيْنَ كَفَرُوْا وَاغْفِرْ لَنَا رَبَّنَا ۚ اِنَّكَ اَنْتَ الْعَزِيْزُ الْحَكِيْمُ ۝

৬। "ঐখোইগী মপুও! ওইহনবিগনু ঐখোইবু শিকার লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী অমসুং ঙাকপিয়ু ঐখোইবু (অরান-অহুই তৌবদগী); তশেংবমক নহাক্তি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।"

لَقَدْ كَانَ لَكُمْ فِيْهِمْ اُسْوَةٌ حَسَنَةٌ لِّمَنْ كَانَ يَرْجُوا اللّٰهَ وَالْيَوْمَ الْاٰخِرَ ۭ وَمَنْ يَّتَوَلَّ فَاِنَّ اللّٰهَ هُوَ الْغَنِيُّ الْحَمِيْدُ ۝

৭। তশেংবমক, অফবা খুদম অমা লৈ মখোইদা নখোইগীদমক (অমসুং মী) পুম্নমক্কী মখোইনা আশা তৌজবা অল্লাহদা অমসুং অরোয়বা নুমিত্তা। অদুগা কনাগুম্বনা মায় ওন্থোকলবদি, তশেংনা অল্লাহদি অৱাৎ-অপা লৈতবনি, থাগৎপদা থোইদোক হেন্দোক্লা মতিকচাবনি।

২ শুবা রুকু

عَسَى اللّٰهُ اَنْ يَّجْعَلَ بَيْنَكُمْ وَبَيْنَ الَّذِيْنَ عَادَيْتُمْ مِّنْهُمْ مَّوَدَّةً ۭ وَاللّٰهُ قَدِيْرٌ ۭ وَاللّٰهُ غَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ۝

৮। অল্লাহনা মরূপ লেংতিন্নহনবিরকপসু য়াই নখোই অমসুং হৌজিক নখোইগা য়েংথীনরিবা মখোইদুগী মরক্তা; করিনা হায়ববু অল্লাহদি শক্তি শালীনি। অদুগা অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

৯। অল্লাহনা থিংদে নখোইবু, অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা লাল্লাউ লানশীংনদবা নখোইগী ধর্ম্মগীদমক নত্ত্রগা নখোইবু তাথোকখিদবা নখোইগী নয়ুম-নকৈশিংদগী, নখোইনা লুনা চান্না তৌবদা মখোইবু অমসুং অচুম-অরান কায়দনা শাজৎ চৎপদা মখোইদা। তশেংবমক, অল্লাহনা নুংশিবি অচুম্বদা য়েংবা মখোইদু।

لَا يَنْهٰىكُمُ اللّٰهُ عَنِ الَّذِيْنَ لَمْ يُقَاتِلُوْكُمْ فِى الدِّيْنِ وَلَمْ يُخْرِجُوْكُمْ مِّنْ دِيَارِكُمْ اَنْ تَبَرُّوْهُمْ وَتُقْسِطُوْٓا اِلَيْهِمْ ۗ اِنَّ اللّٰهَ يُحِبُّ الْمُقْسِطِيْنَ ⑨

১০। অল্লাহনা থিংই নখোইবু, অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা লাল্লাও লানশীংনবা নখোইবু নখোইগী ধর্ম্মগীদমক অমসুং নখোইবু তাথোকখিবা নয়ুম-নকৈশিংদগী নত্ত্রগা তেংবাংখিবা অতোপ্পবু নখোইবু তাথোকপদা, মরূপ লেংতিন্নবা মখোইগা। (নখোইগী মরক্তগী) কনাগুম্বনা মরূপনরবদি মখোইগা মখোইসি অরানবা লম্বীনবশিংনি।

اِنَّمَا يَنْهٰىكُمُ اللّٰهُ عَنِ الَّذِيْنَ قٰتَلُوْكُمْ فِى الدِّيْنِ وَاَخْرَجُوْكُمْ مِّنْ دِيَارِكُمْ وَظٰهَرُوْا عَلٰٓى اِخْرَاجِكُمْ اَنْ تَوَلَّوْهُمْ ۚ وَمَنْ يَّتَوَلَّهُمْ فَاُولٰٓئِكَ هُمُ الظّٰلِمُوْنَ ⑩

১১। হে অচুম্বা থাজবশিং! অচুম্বা থাজবা নুপীশিং লাকপদা নখোই (গী মফম)দা চঙফম-থিবা ওইনা, মুন্না থিজিল্লু মখোইবু। অল্লাহনা মুন্না খঙই মখোইগী থাজবা। নখোইনা খঙলবা মতমদা মখোইবু (অচুম্বা) থাজবীশিংনি হায়বা, চংহনখিগনু মখোইবু ধর্ম্ম চত্তবশিংদা। নুপীশিংসি আইন্না য়াবা (মতুশিং) ওইবা য়াদ্রে (ধর্ম্ম চত্তবশিং) মখোইগী নত্ত্রগা (ধর্ম্ম চত্তবশিং) মখোই আইন্না য়াবা (মপুরোইবশিং) ওইদ্রে (নুপীশিং অসিগী)। অদুগা (হৌজিক মুসলিম-শিংদা য়ুম পানবদা) পীখো (নন-মুসলিম মপুরোইবশিং) মখোইদা মখোইনা খরচ তৌখিবদু মখোইদা (মঙ্গৎ পীবদা)। মদুগী মতুংদা নখোইদা দোশ কর্রিসু লৈতে মখোইবু লুহোংবদা নখোইনা (পীখিবা খরচগী মথক্তা) মখোইগী মঙ্গৎ (নৌনা) পীরগা। অদুগা নখোই তৌগনু য়ুম্বান্নবা ধর্ম্ম চত্তবী নুপীশিংগা, তৌইগুম্বসুং হন্দুনা পীরকও হায়য়ু নখোইনা খরচ তৌখিবদু (মঙ্গৎকী) মমল ওইনা নখোইগী নুপীশিংনা হনজনখিবদা ধর্ম্ম

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْٓا اِذَا جَآءَكُمُ الْمُؤْمِنٰتُ مُهٰجِرٰتٍ فَامْتَحِنُوْهُنَّ ۗ اَللّٰهُ اَعْلَمُ بِاِيْمَانِهِنَّ ۚ فَاِنْ عَلِمْتُمُوْهُنَّ مُؤْمِنٰتٍ فَلَا تَرْجِعُوْهُنَّ اِلَى الْكُفَّارِ ۗ لَا هُنَّ حِلٌّ لَّهُمْ وَلَا هُمْ يَحِلُّوْنَ لَهُنَّ ۗ وَاٰتُوْهُمْ مَّآ اَنْفَقُوْا ۗ وَلَا جُنَاحَ عَلَيْكُمْ اَنْ تَنْكِحُوْهُنَّ اِذَآ اٰتَيْتُمُوْهُنَّ اُجُوْرَهُنَّ ۗ وَلَا تُمْسِكُوْا بِعِصَمِ الْكَوَافِرِ وَاسْـَٔلُوْا

مَآ اَنْفَقْتُمْ وَلْيَسْـَٔلُوْا مَآ اَنْفَقُوْا ذٰلِكُمْ حُكْمُ اللّٰهِ يَحْكُمُ بَيْنَكُمْ وَاللّٰهُ عَلِيْمٌ حَكِيْمٌ ۝

চত্তবশিংগী মরক্তা): অমসুং (ধর্ম্ম চত্তবা মপুরোইবশিং) মখোইনা পীয়ু হায়সনু মখোইনা খরচ তৌখিবদু (মঙ্গৎ পীবদা নখোইদা লাকখ্রবা মখোইগী নুপীশিংগী)। মসি অল্লাহগী হুকুমনি। মহাকনা ৱায়েলখ্রবনি নখোইগী মরক্তা (য়াম্না চুম্না)। অদুগা অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَاِنْ فَاتَكُمْ شَيْءٌ مِّنْ اَزْوَاجِكُمْ اِلَى الْكُفَّارِ فَعَاقَبْتُمْ فَاٰتُوا الَّذِيْنَ ذَهَبَتْ اَزْوَاجُهُمْ مِّثْلَ مَآ اَنْفَقُوْا وَاتَّقُوا اللّٰهَ الَّذِيْٓ اَنْتُمْ بِهٖ مُؤْمِنُوْنَ ۝

১২৷ অদুগা নখোইগী নুপীশিংগী মরক্তগী কনাগুম্বা নুপীনা চৎখ্রবা নখোইদগী ধর্ম্ম চত্তবশিংদা (মখোইনা হন্না পীরক্তবদি মঙ্গৎ নখোইনা পীখিবদু নুপীশিং অদুদা), অমসুং মতুংদা নখোইনা কাবু ফংলবদা (ধর্ম্ম চত্তবশিংগী নুপীশিং নখোইদা লাকপদা), অদুগী মতমদা নখোই পীয়ু (অচুম্বা থাজবশিং) মখোইদা মখোইগী নুপীশিং চৎখ্রবা (অচুম্বা থাজদবদা, মঙ্গতকী মমল পীফম থোকপদগী ধর্ম্ম চত্তবা মপুরোইবশিংদা) মান্ননা মখোইনা খরচ তৌখিবগা (মঙ্গৎ পীবদা মখোইগী চেনখ্রবা নুপীশিংদা)। অদুগা কিয়ু অল্লাহবু মহাকপু নখোইনা চপচানা থাজখ্রবদা।

يٰٓاَيُّهَا النَّبِيُّ اِذَا جَآءَكَ الْمُؤْمِنٰتُ يُبَايِعْنَكَ عَلٰٓى اَنْ لَّا يُشْرِكْنَ بِاللّٰهِ شَيْـًٔا وَّلَا يَسْرِقْنَ وَلَا يَزْنِيْنَ وَلَا يَقْتُلْنَ اَوْلَادَهُنَّ وَلَا يَاْتِيْنَ بِبُهْتَانٍ يَّفْتَرِيْنَهٗ بَيْنَ اَيْدِيْهِنَّ وَاَرْجُلِهِنَّ وَلَا يَعْصِيْنَكَ فِيْ مَعْرُوْفٍ فَبَايِعْهُنَّ وَاسْتَغْفِرْ لَهُنَّ اللّٰهَ اِنَّ اللّٰهَ غَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ۝

১৩৷ হে নবী! অচুম্বা থাজবা নুপীশিংনা নংঙোন্দা লাক্কুনা হায়বা ইনবগী চানবী ৱাশক পীরবদি (নংগী নখুত্তা) মদুদি মখোইনা তিম্নরোই কনামতবু অল্লাহগী মশরুক য়ামিন্নবা ওইনা, নত্ত্রগা হুরাল্লোই, নত্ত্রগা নিপা লান্নরোই, নত্ত্রগা মচাশিং হাৎলোই, নত্ত্রগা চুমদনা মীগী মিংচৎ থীহন্নবগী মীনম লাং থাকলোই মখুৎশিং অমসুং মখোঙশিংনা, নত্ত্রগা অফবা থবকশিংদা নয়াথং ইন্দবা তৌরোই—মতমদুদা য়াও মখোইগী ৱাশক অমসুং হায়জবিয়ু অল্লাহদা মখোইবু কোকপিনবগী। তশেংবমক, অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا لَا تَتَوَلَّوْا قَوْمًا غَضِبَ اللّٰهُ عَلَيْهِمْ

১৪৷ হে অচুম্বা থাজবশিং! লৌগানু মরাপ লেংতিন্নবা ওইনা (মপুকচেন চুমদবা) মীশিং

قَدْ يَئِسُوا مِنَ الْآخِرَةِ كَمَا يَئِسَ الْكُفَّارُ مِنْ أَصْحٰبِ الْقُبُورِ ⑬

অল্লাহনা শাউবিখ্রববু; মখোই তশেংবমক আশা থাদোকখ্রে শিরবা মতুংগী পুন্সিগী লমযেং-খোঙফম্নবশিংনা আশা থাদোকখিবগুম কবরশিংদা লৈবশিং (অমুক হিংগৎলক্কনি হায়বা)।

سُورَةُ الصَّفِّ مَدَنِيَّةٌ

সূরহ ৬১ — অল-সফ

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ১৫ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

سَبَّحَ لِلّٰهِ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَمَا فِي الْأَرْضِ ۚ وَهُوَ الْعَزِيزُ الْحَكِيمُ ②

২। স্বর্গদা লৈরিবাপুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবাপুম্বনা থাগৎচৈ অল্লাহবু; অমসুং মহাক্তি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

يٰٓأَيُّهَا الَّذِينَ اٰمَنُوا لِمَ تَقُولُونَ مَا لَا تَفْعَلُونَ ③

৩। হে অচুম্বা থাজবশিং! করি মরমগী নখোইনা ৱা ঙাঙবা নখোইনা তৌদবদু?

كَبُرَ مَقْتًا عِنْدَ اللّٰهِ أَنْ تَقُولُوا مَا لَا تَفْعَلُونَ ④

৪। য়াম্না তুক্কচবনি অল্লাহগী মিৎয়েংদা নখোইনা (নচীন্না) হায়রগা (নখুৎশিংনা) তৌদবদু।

إِنَّ اللّٰهَ يُحِبُّ الَّذِينَ يُقٰتِلُونَ فِي سَبِيلِهِ صَفًّا كَأَنَّهُمْ بُنْيٰنٌ مَرْصُوصٌ ⑤

৫। তশেংবমক, অল্লাহনা নুংশিবি হুয়েল লান শোক্লবশিংবু মহাক্কী লম্বীদা পরেং নাইনা ফিবম শেমদুনা, শৌদোক্লবা মিশি হৈজন্দুনা শেমলবা অচেৎপা চেকপনগুম্না।

وَإِذْ قَالَ مُوسٰى لِقَوْمِهِ يٰقَوْمِ لِمَ تُؤْذُونَنِي وَقَدْ تَعْلَمُونَ أَنِّي رَسُولُ اللّٰهِ إِلَيْكُمْ ۖ فَلَمَّا زَاغُوا أَزَاغَ

৬। অদুগা নীংশিঙু, মুসানা হায়খি মহাক্কী মীশিংদা: "হো ঐগী মীশিং! করি মরমগী নখোইনা নিন্দা তৌবগে ঐবু, নখোইনা তশেংনা খঙলবদা ঐসে অল্লাহগী রসুল অমনি (থারকখিবা) নখোইদা?" মরমদুনা মখোইনা শেরান্নখ্রবদা (অচুম্বা লম্বীদগী), অল্লাহনা

اللهُ قُلُوبَهُمْ وَاللهُ لَا يَهْدِى الْقَوْمَ الْفٰسِقِيْنَ ۝

শেরান্নহনবিখ্রে মখোইগী মথম্মোইশিং (অচুম্ব-দগী), মরমদি অল্লাহনা লমজিংবিদে লমহেনবা মীশিংবু।

وَإِذْ قَالَ عِيسَى ابْنُ مَرْيَمَ يٰبَنِىٓ إِسْرَآءِيلَ إِنِّى رَسُولُ اللهِ إِلَيْكُمْ مُّصَدِّقًا لِّمَا بَيْنَ يَدَىَّ مِنَ التَّوْرٰىةِ وَمُبَشِّرًا بِرَسُولٍ يَأْتِى مِنْ بَعْدِى اسْمُهُ أَحْمَدُ ۖ فَلَمَّا جَآءَهُمْ بِالْبَيِّنٰتِ قَالُوا هٰذَا سِحْرٌ مُّبِينٌ ۝

৭। অদুগা নীংশিঙঙ্. ঈসা, মরয়মগী মচা নিপানা হায়খিঃ “হে ইস্রাঈল মচাশিং! তশেংবমক. ঐ অল্লাহগী রসুলনি (থারকলিবা) নখোইদা, অচুম্বনি হায়না প্রমাণ পীনবগী ঐগী মাংদা (থারকখিবা মুসাগী লো) ‘তৌরাত’, অমসুং হরাওবা পাও পীরি রসুল অমগী মহাক লেঙলক্কদৌরি ঐগী তুংদা, মহাক্কী মমিং অহমদ কৌই।” মরমদুনা মহাকনা লেঙলকখিবদা মখোইদা তশেংবা খুদমশিংগা লোয়ননা, মখোইনা হায়খিঃ “মসি তশেং-তশেংবা জাদু-মন্ত্রনি।”

وَمَنْ أَظْلَمُ مِمَّنِ افْتَرٰى عَلَى اللهِ الْكَذِبَ وَهُوَ يُدْعٰىٓ إِلَى الْإِسْلٰمِ ۚ وَاللهُ لَا يَهْدِى الْقَوْمَ الظّٰلِمِينَ ۝

৮। তৌইগুম্বসুং কনানো মঙোন্দগী হেন্না অরানবা মহাকনা পুথোক্কই মীনম পাওরাল অল্লাহগী মায়োক্তা, মহাকপু বারতোন তৌবদা ইসলামদা? অদুগা অল্লাহনা লমজিংবিদে অরানবা লম্বীনবা মীশিংবু।

يُرِيدُونَ لِيُطْفِئُوا نُورَ اللهِ بِأَفْوٰهِهِمْ وَاللهُ مُتِمُّ نُورِهِۦ وَلَوْ كَرِهَ الْكٰفِرُونَ ۝

৯। মখোইনা পামই মুৎথৎপা অল্লাহগী মঙাল মখোইগী মচীনশিংনা (কামদুনা), তৌইগুম্বসুং (মখোইনা কাম্বা-কাম্বদা) মুৎথৎনবগী মঙালদু মদু মৈপাল ফ্রং ফুদোরকই, অসুম্না) অল্লাহনা মপুং ফাহনবিগনি মহাক্কী মঙাল. লমফৈ-খোঙফম্ন-বশিংনা থোইনমক পামদ্রবসু (মদুবু)।

هُوَ الَّذِىٓ أَرْسَلَ رَسُولَهُۥ بِالْهُدٰى وَدِينِ الْحَقِّ لِيُظْهِرَهُۥ عَلَى الدِّينِ كُلِّهِۦ وَلَوْ كَرِهَ الْمُشْرِكُونَ ۝

১০। মহাকননি থাবিরকখিবা মহাক্কী রসুলবু লমজিং অমসুং অচুম্বা ধর্ম্মগা লোয়ননা, অদুনা মহাকনা জয় তৌহন্নবা মসিবু (মীনা শেম্বা) ধর্ম্ম পুম্নমক্কী মথক্তা. লাইয়াম ঈরাৎপশিংনা (থোইনমক) পামদ্রবসু মদু।

২ শুবা রুকূ

يٰٓأَيُّهَا الَّذِينَ اٰمَنُوا هَلْ أَدُلُّكُمْ عَلٰى تِجٰرَةٍ تُنْجِيكُمْ مِّنْ عَذَابٍ أَلِيمٍ ۝

১১। হে অচুম্বা থাজবশিং! ঐনা তাকসিরা নখোইদা কারবার অমা মদুনা কনবিগনি নখোইবু অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাক্তগী?

১২। (কারবার অদুদি অসিনিঃ) নখোই থাজৌ অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুলবু, অমসুং কন্না হোৎনৌ অল্লাহগী লম্বীদা নরন-নথুম অমসুং নথরাইশিংগা লোয়ননা। মসি হেন্না ফবনি নখোইগী, নখোইনা করিগুম্বা খঙলমলবদি।

تُؤْمِنُونَ بِاللّٰهِ وَرَسُولِهٖ وَتُجَاهِدُونَ فِيْ سَبِيْلِ اللّٰهِ بِاَمْوَالِكُمْ وَاَنْفُسِكُمْ ذٰلِكُمْ خَيْرٌ لَّكُمْ اِنْ كُنْتُمْ تَعْلَمُوْنَ ﴿١١﴾

১৩। (নখোইনা অদুম্মক তৌরবদি,) মহাকনা কোকপিগনি নখোইবু নপাপশিং, অমসুং চঙহনবগিনি নখোইবু হৈকোন-লৈকোনশিংদা মখা অদুদা তুরেলশিং ঈচেল্লি, অমসুং (লৈহনবিগনি) হরাও তয়াম্না নুংঙাইখ্রবা লৈফমশিংদা মতম পুম্বা নুংঙাইদুনতা লৈরগদৌবা হৈকোন-লৈকোন-শিংগী। মদু খ্বাইদগী হেন্না অচৌবা জয়নি।

يَغْفِرْ لَكُمْ ذُنُوْبَكُمْ وَيُدْخِلْكُمْ جَنّٰتٍ تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ وَمَسٰكِنَ طَيِّبَةً فِيْ جَنّٰتِ عَدْنٍ ذٰلِكَ الْفَوْزُ الْعَظِيْمُ ﴿١٢﴾

১৪। অদুগা (মহাকনা পীবিগনি নখোইদা) অতোপ্পা (থৌজাল) অমসু মদু নখোইনা পাম্বা: মতেং অল্লাহদগী অমসুং অনকপা জয়। মরমদুনা পীয়ু হরাওবা পাও অচুম্বা থাজবশিংদা।

وَاُخْرٰى تُحِبُّوْنَهَا نَصْرٌ مِّنَ اللّٰهِ وَفَتْحٌ قَرِيْبٌ وَبَشِّرِ الْمُؤْمِنِيْنَ ﴿١٣﴾

১৫। হে অচুম্বা থাজবশিং! ওইয়ু তেংবাংবশিং অল্লাহগী, হায়খিবগুম ঈসা, মরয়মগী মচা নিপানা, মহাক্কী চিল্লাশিংদা: "কনা কনানো ঐগী তেংবাং-বশিং অল্লাহ (গী লম্বী)দা?" চিল্লাশিংনা পাও-খুমখি: "ঐখোই তেংবাংবশিংনি অল্লাহগী।" মরমদুনা ইস্রাঈল মচাশিংগী খুৎপু অমনা অচুম্বা থাজখি অমসুং খুৎপু অমনা অচুম্বা থাজখিদে। অদুনা ঐখোইনা তেংবাংবিখি অচুম্বা থাজখিবশিং মখোইদু মখোইগী য়েক্লবশিংগা লাম্বানখিবদা অমসুং মখোই জয় ওইখি।

يٰۤاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا كُوْنُوْۤا اَنْصَارَ اللّٰهِ كَمَا قَالَ عِيْسَى ابْنُ مَرْيَمَ لِلْحَوَارِيّٖنَ مَنْ اَنْصَارِيْۤ اِلَى اللّٰهِ قَالَ الْحَوَارِيُّوْنَ نَحْنُ اَنْصَارُ اللّٰهِ فَاٰمَنَتْ طَّآئِفَةٌ مِّنْۢ بَنِيْۤ اِسْرَآءِيْلَ وَكَفَرَتْ طَّآئِفَةٌ فَاَيَّدْنَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا عَلٰى عَدُوِّهِمْ فَاَصْبَحُوْا ظٰهِرِيْنَ ﴿١٤﴾

# سُوْرَةُ الْجُمُعَةِ مَدَنِيَّةٌ

অল-জুমু'অহ সূরহ ৬২

(হিজ্‌রী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ১২ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

يُسَبِّحُ لِلّٰهِ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَمَا فِي الْاَرْضِ الْمَلِكِ الْقُدُّوْسِ الْعَزِيْزِ الْحَكِيْمِ ②

২। স্বর্গদা লৈরিবাপুম্বনা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবাপুম্বনা থাগৎচৈ অল্লাহবু (মহাক্তি লৈঙাক খুর্জি প'য়রিবা য়াইবীরেল শিদবা) নিংথৌরেম্নি, অশেংবনি, পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

هُوَ الَّذِيْ بَعَثَ فِي الْاُمِّيّٖنَ رَسُوْلًا مِّنْهُمْ يَتْلُوْا عَلَيْهِمْ اٰيٰتِهٖ وَيُزَكِّيْهِمْ وَيُعَلِّمُهُمُ الْكِتٰبَ وَالْحِكْمَةَ ۗ وَاِنْ كَانُوْا مِنْ قَبْلُ لَفِيْ ضَلٰلٍ مُّبِيْنٍ ③

৩। মহাকননি থোকহনবিখিবা লাইরিক হৈতবা (অরবীশিংগী) মরক্তা রসুল অমা মখোইগী মরক্তগী—মহাকনা থীথদুনা তাহল্লি মখোইদা মহাক্কী পাওজেনশিং, অমসুং শেংদোকপি মখোইবু (পাপ্তগী), অমসুং তাকপি-তম্বি মখোইবু কিতাব অমসুং মহৈ-মশিং, মসিগী মমাংদা মখোই তশেং-তশেংনা লম্মুক্কবা ওইখ্রবসু—

وَّاٰخَرِيْنَ مِنْهُمْ لَمَّا يَلْحَقُوْا بِهِمْ ۗ وَهُوَ الْعَزِيْزُ الْحَكِيْمُ ④

৪। অমসুং (মখোইনা শেংদোকপিগনি অমসুং তম্বিগনি) অতোপ্পশিংবু মখোইগী মরক্তগী মখোই হৌজিক ফাওবা তিন্নদরি মখোইগা (ইসলাম য়াদুনা)। মহাক্তি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

ذٰلِكَ فَضْلُ اللّٰهِ يُؤْتِيْهِ مَنْ يَّشَآءُ ۗ وَاللّٰهُ ذُو الْفَضْلِ الْعَظِيْمِ ⑤

৫। মসি অল্লাহগী থৌজালনি, মহাকনা পীবি মসি মহাকনা চানবিবা (মতিকচাবা)শিংদা। অল্লাহদি মপুনি অচৌবা থৌজালগী।

مَثَلُ الَّذِيْنَ حُمِّلُوا التَّوْرٰىةَ ثُمَّ لَمْ يَحْمِلُوْهَا كَمَثَلِ الْحِمَارِ يَحْمِلُ اَسْفَارًا ۗ بِئْسَ مَثَلُ الْقَوْمِ الَّذِيْنَ كَذَّبُوْا بِاٰيٰتِ اللّٰهِ ۗ وَاللّٰهُ لَا يَهْدِي الْقَوْمَ الظّٰلِمِيْنَ ⑥

৬। রারম মতৌ অমদি তৌরাত (কিতাব)গী (রায়েল) শীন্নখিবা (য়হুদীশিং) মখোইদু, অদুগী তুংদা মখোইনা ইনখিদবা মদু (মখোইগী মান্নবা মতৌদি) গাধানা কিতাব (পোৎলুম) পুবগুম্বনি। ফত্তবনি অল্লাহগী পাওজেনশিংবু য়াদবা মীশিংগী মান্নবগী মতৌদি। অদুগা অল্লাহনা লমজিংবিদে ফত্তরম লম্বীনবশিংবু।

৭। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ ''হে য়হূদীশিং ! নখোইনা দাবি তৌরবদি নখোই অল্লাহগী মরূপশিংনি হায়না কায়থোকলগা অতে মী (পুম্নমক), অদু ওইরবদি থৱাই য়াওনা নীজৌ শিবা, নখোইনা (তশেংবমক) ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।

قُلْ يَا أَيُّهَا الَّذِينَ هَادُوا إِنْ زَعَمْتُمْ أَنَّكُمْ أَوْلِيَاءُ لِلَّهِ مِنْ دُونِ النَّاسِ فَتَمَنَّوُا الْمَوْتَ إِنْ كُنْتُمْ صَادِقِينَ ٦

৮। তৌইগুম্বসুং মখোইনা কদৌঙৈদসু তৌনীং-লোই মদু (মখোই খঙই মদুগী ফল), মরমদি মখোইগী মখুৎশিংনা মমাংদা থাজখিবা (পাপ চেনবা থবকশিং) অদুগীদমক্তা। অদুগা অল্লাহনা মুন্না খঙই ফত্তরম লম্বীনবা মখোইবু।

وَلَا يَتَمَنَّوْنَهُ أَبَدًا بِمَا قَدَّمَتْ أَيْدِيهِمْ ۚ وَاللَّهُ عَلِيمٌ بِالظَّالِمِينَ ٧

৯। হায়য়ু (মখোইদা) ঃ ''অশিবা অদুদগী নখোইনা (কিদুনা) হন্দোকলিবা অদুনা শোয়দনমক তান্নদুনা ফাগনি নখোইবু। অদুগী তুংদা নখোই হনজনগনি মঙোন্দা—মহাক্তি অখঙবনি অরোনবা অমসুং অফোংবা (পুম্নমক), মরমদুনা মহাকনা খঙহনবিগনি নখোইবু নখোইনা তৌখিবা খিবিক।

قُلْ إِنَّ الْمَوْتَ الَّذِي تَفِرُّونَ مِنْهُ فَإِنَّهُ مُلَاقِيكُمْ ۖ ثُمَّ تُرَدُّونَ إِلَىٰ عَالِمِ الْغَيْبِ وَالشَّهَادَةِ فَيُنَبِّئُكُمْ بِمَا كُنْتُمْ تَعْمَلُونَ ٨ ع

২ শুবা রুকূ

১০। হে অচুম্বা থাজবশিং ! নখোইবু খোল হৌনা কৌরকপদা নমাজগীদমক ঈরাই নুমিত্তা, প্রপ-প্রপ চঙশিল্লু অল্লাহবু নীংশঙহৌনবগীদমক অমসুং থাদোকও কারবার (পুম্নমক)। মসি হেন্না অফবনি নখোইগী হক্তা, নখোইনা করিগুম্বা খঙলমলবদি।

يَا أَيُّهَا الَّذِينَ آمَنُوا إِذَا نُودِيَ لِلصَّلَاةِ مِنْ يَوْمِ الْجُمُعَةِ فَاسْعَوْا إِلَىٰ ذِكْرِ اللَّهِ وَذَرُوا الْبَيْعَ ۚ ذَٰلِكُمْ خَيْرٌ لَكُمْ إِنْ كُنْتُمْ تَعْلَمُونَ ٩

১১। নমাজ লোয়রবা মতুংদা, লম কোয়না চাইথোকও অমসুং থিয়ু অল্লাহগী থৌজাল (নংগী-নংগী কারবারদা চঙশন্দুনা), অমসুং নীংশিঙণু অল্লাহবু তোয়না, অদুনা নখোই ওইনবা য়াইফবা।

فَإِذَا قُضِيَتِ الصَّلَاةُ فَانْتَشِرُوا فِي الْأَرْضِ وَابْتَغُوا مِنْ فَضْلِ اللَّهِ وَاذْكُرُوا اللَّهَ كَثِيرًا لَعَلَّكُمْ تُفْلِحُونَ ١٠

১২। তৌইগুম্বসুং (তাইবঙ পুন্সিগী নুংঙাইবা তান্নবশিং) মখোইনা উরগা লল্লোনপোং নত্তগা হরাও-কুম্মে, মখোই হোংচিল্লি মদুদা অমসুং থাদোকলম্মি নংবু লেপ্লা-লেপ্লা। হায়য়ু

وَإِذَا رَأَوْا تِجَارَةً أَوْ لَهْوًا انْفَضُّوا إِلَيْهَا وَتَرَكُوكَ قَائِمًا ۚ قُلْ مَا عِنْدَ اللَّهِ خَيْرٌ مِنَ اللَّهْوِ وَمِنَ

التِّجَارَةِ ۗ وَاللَّهُ خَيْرُ الرَّازِقِينَ ⑪

(মখোইদা, অপাম্বা চেংলৌ মিৎথিৎলবদি অমাঙবা ফংবনি, মরমদুনা) অল্লাহগী মনাক্তা লৈবা অদুনা ফবা হেল্লি হরাও-কুম্মে অমসুং লল্লোন পোত্তগী : অমসুং অল্লাহদি খ্বাইদগী হেন্না পীনহৈবনি।



## سُورَةُ الْمُنَافِقُونَ مَدَنِيَّةٌ (٦٣)

সূরহ ৬৩ অল-মুনাফিকুন

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ১২ নি)

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

إِذَا جَاءَكَ الْمُنَافِقُونَ قَالُوا نَشْهَدُ إِنَّكَ لَرَسُولُ اللَّهِ ۗ وَاللَّهُ يَعْلَمُ إِنَّكَ لَرَسُولُهُ وَاللَّهُ يَشْهَدُ إِنَّ الْمُنَافِقِينَ لَكَاذِبُونَ ②

২। মতাৎ তৌবশিং (অমসুং মচীনবান (খোইহীনবা)না লাকপদা নংঙোন্দা, মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইনা সাক্ষী পীজরি মদুদি নহাক থাঙ্গেংশেংবা রসূলনি অল্লাহগী।" অদুগা অল্লাহসু খঙই নহাক থাঙ্গেংশেংবা মহাক্কী রসূলনি, তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা সাক্ষী পীরি মদুদি মতাৎ তৌবশিং তশেংবমক লৌশিং মীনম লাংথাকপশিংনি।

اتَّخَذُوا أَيْمَانَهُمْ جُنَّةً فَصَدُّوا عَنْ سَبِيلِ اللَّهِ ۚ إِنَّهُمْ سَاءَ مَا كَانُوا يَعْمَلُونَ ③

৩। মখোইনা লৌখ্রে মখোইগী (মীনম্বা) রাশকশিংবু চুঙ্গোয় ওইনা, অসুম্না মখোইনা থত্তোক্লুনা থম্মি (মীশিংবু) অল্লাহগী লম্বীদগী (মখোইগী নমথাকনা)। তশেংবমক, ফত্তবনি মখোইনা তৌরিবদু।

ذَٰلِكَ بِأَنَّهُمْ آمَنُوا ثُمَّ كَفَرُوا فَطُبِعَ عَلَىٰ قُلُوبِهِمْ فَهُمْ لَا يَفْقَهُونَ ④

৪। মদুগী মরমদি মখোই অহানবদা অচুম্বা থাজরম্মী, অদুগী তুংদা ওইখ্রে থাজদবা। মরমদুনা চাদুম (অল্লাহনা) নম্বিখ্রে মখোইগী মথম্মোইশিংদা, অদুনা মখোই করিসু খঙদ্রে (মখোইগী কান্নামাঙ)।

৫। অদুগা নংনা উবদা মখোইবু, মখোইগী শক-ওং-শাবান (ফজবা)না পেনহল্লি নহাকপু; অমসুং মখোইনা (রং তৈবা রাহৈনা) রা ঙাঙবদা নংনা তাই মখোইনা ঙাঙ-শকপদু। (চানা মতৌ অমদি) মখোই ঙাকখত্তুনা থম্বা-উ (মতুপশিং)গুম্বনি। মখোইনা খল্লি লাউরক-খোংলকপা খুদিং মখোইগী মায়োক্তনি। মখোই (তশেংবমক) য়েক্লবশিংনি (ইসলামগী), মরমদুনা চেকশল্লু মখোইবু। অল্লাহগী শিরাপ ফংলসনু মখোইগী মথক্তা! করম্না মখোই হাইদোকখরিবা (অচুম্বা লম্বীদগী)!

وَإِذَا رَأَيْتَهُمْ تُعْجِبُكَ أَجْسَامُهُمْ ۖ وَإِن يَقُولُوا تَسْمَعْ لِقَوْلِهِمْ ۖ كَأَنَّهُمْ خُشُبٌ مُّسَنَّدَةٌ ۖ يَحْسَبُونَ كُلَّ صَيْحَةٍ عَلَيْهِمْ ۚ هُمُ الْعَدُوُّ فَاحْذَرْهُمْ ۚ قَاتَلَهُمُ اللَّهُ ۖ أَنَّىٰ يُؤْفَكُونَ ۝

৬। অদুগা মখোইদা অসি হায়বদাঃ "লাকও, অল্লাহগী রসুলনা হায়জবিগনি ঙাকপিনবা নখোইগীদমক্তা (পাপ অমসুং দণ্ডিদগী)," মখোইনা লৈথোকখি মখোইগী মকোকশিং নাকল্লোমদা, অমসুং নংনা উই মখোইনা থিংবা (মীশিংবু নমাজ তৌবদগী) অমসুং মখোই নাপল-লুথোংনৈ (রাখল করিসু তৌদে নাপলনা শিফম থিবনি)।

وَإِذَا قِيلَ لَهُمْ تَعَالَوْا يَسْتَغْفِرْ لَكُمْ رَسُولُ اللَّهِ لَوَّوْا رُءُوسَهُمْ وَرَأَيْتَهُمْ يَصُدُّونَ وَهُم مُّسْتَكْبِرُونَ ۝

৭। নংনা হায়জবিরবসু মখোইবু ঙাকপিনবগী দমক নত্রগা হায়জবিদ্রবসু মখোইবু ঙাকপিনবগী-দমক অদুগী অদুমঙাই; (করিননো হায়ববু) অল্লাহনা কদৌঙৈদসু ঙাকপিররোই মখোইবু। তশেংবমক, অল্লাহনা লমজিংবিদে লমকেৎ-লমহাইবা মীশিংবু।

سَوَاءٌ عَلَيْهِمْ أَسْتَغْفَرْتَ لَهُمْ أَمْ لَمْ تَسْتَغْفِرْ لَهُمْ لَن يَغْفِرَ اللَّهُ لَهُمْ ۚ إِنَّ اللَّهَ لَا يَهْدِي الْقَوْمَ الْفَاسِقِينَ ۝

৮। মখোইননি হায়রিবা খরচ (করিসু) তৌগনু (মক্কহরালা চঙফম-থিবশিংদা) মখোইদু লোয়নরি অল্লাহগী রসুলগা অদুনা মখোই (শেল লৈতবা মতাংদা) চাইথোকখিনবা (অমসুং চৎখিনবা রসুলবু হুন্দোকলমলগা)। অদুগা অল্লাহগীনি লনকৈশিং স্বর্গদা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবাপুম্বা; তৌইগুম্বসুং মতাৎ তৌবশিংনা খঙদে (মদু পাইমা ঈরৈচল ওইদুনা)।

هُمُ الَّذِينَ يَقُولُونَ لَا تُنفِقُوا عَلَىٰ مَنْ عِندَ رَسُولِ اللَّهِ حَتَّىٰ يَنفَضُّوا ۗ وَلِلَّهِ خَزَائِنُ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ وَلَٰكِنَّ الْمُنَافِقِينَ لَا يَفْقَهُونَ ۝

৯। মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইনা করিগুম্বা হনখ্রবদি মদীনহদা, ঈকাইখুম্নঙাই ওইবনা শোয়দনমক তাথোকপিগনি খ্বাইদগী হেন্না অতোনববু মফম অদুদগী।" তৌইগুম্বসুং ইজ্জৎতি (১ নবদা) অল্লাহগীনি অমসুং (২ শুবদা) মহাক্কী রসুলগীনি অমসুং (৩ শুবদা) অচুম্বা থাজবশিংগীনি; অদুম ওইনমক মতাৎ তৌবশিংনা খঙদে (মদু)।

يَقُولُونَ لَئِن رَّجَعْنَآ إِلَى ٱلْمَدِينَةِ لَيُخْرِجَنَّ ٱلْأَعَزُّ مِنْهَا ٱلْأَذَلَّ ۚ وَلِلَّهِ ٱلْعِزَّةُ وَلِرَسُولِهِۦ وَلِلْمُؤْمِنِينَ وَلَٰكِنَّ ٱلْمُنَٰفِقِينَ لَا يَعْلَمُونَ ﴿٨﴾

২ শুবা রুকূ

১০। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোইগী নরন-নথুম অমসুং নখোইগী নচা-নশুশিংনা মরম্নদুনা নপুকনিং চোয়থোকহন্দবা ওইসনু অল্লাহবু নীংশিঙবদগী (থৌগলজবগা লোয়ননা): তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা অদুম্না তৌরবদি, মখোই মাঙজরবশিংনি।

يَٰٓأَيُّهَا ٱلَّذِينَ ءَامَنُوا۟ لَا تُلْهِكُمْ أَمْوَٰلُكُمْ وَلَآ أَوْلَٰدُكُمْ عَن ذِكْرِ ٱللَّهِ ۚ وَمَن يَفْعَلْ ذَٰلِكَ فَأُو۟لَٰٓئِكَ هُمُ ٱلْخَٰسِرُونَ ﴿٩﴾

১১। অদুগা খরচ তৌ (ঐখোইগী লম্বীদা) ঐখোইনা পীখিবা অদুদগী নখোইদা শিবা হায়বদু লাক্তরিঙৈদা নখোই কনাগুম্বদা (মদু লাকপদা কিবনা মদুবু) মহাকনা হায়ঃ "ঐগী মপুও! নহাকনা পীবিরবদি ঐবু পন্থবা মতম খরা, অদুগী মতমদা ঐনা পীথোকচগনি দান অমসুং ওইজগনি (অমা) ধর্ম্ম লৈবশিংগী মরক্তা।"

وَأَنفِقُوا۟ مِن مَّا رَزَقْنَٰكُم مِّن قَبْلِ أَن يَأْتِىَ أَحَدَكُمُ ٱلْمَوْتُ فَيَقُولَ رَبِّ لَوْلَآ أَخَّرْتَنِىٓ إِلَىٰٓ أَجَلٍ قَرِيبٍ فَأَصَّدَّقَ وَأَكُن مِّنَ ٱلصَّٰلِحِينَ ﴿١٠﴾

১২। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা কদৌঙৈদসু পীবিদে মতম পন্থগা থরাই অমদা মাগী লেপখিবা মতম লাকলবদা। অদুগা অল্লাহদি মুন্না খঙবনি নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

وَلَن يُؤَخِّرَ ٱللَّهُ نَفْسًا إِذَا جَآءَ أَجَلُهَا ۚ وَٱللَّهُ خَبِيرٌۢ بِمَا تَعْمَلُونَ ﴿١١﴾

سُوْرَةُ التَّغَابُنِ مَدَنِيَّةٌ

সূরহ ৬৪ অল- তগাবুন

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ১৯ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

يُسَبِّحُ لِلّٰهِ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَمَا فِي الْاَرْضِ لَهُ الْمُلْكُ وَلَهُ الْحَمْدُ وَهُوَ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيْرٌ ②

২। স্বর্গদা লৈরিবাপুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবাপুম্না থাগৎচৈ অল্লাহবু; মহাকনা মপু ওইবনি অমসুং মহাক্কীনি থাগৎলিবসু, অমসুং মহাক্তি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

هُوَ الَّذِيْ خَلَقَكُمْ فَمِنْكُمْ كَافِرٌ وَّمِنْكُمْ مُّؤْمِنٌ وَاللّٰهُ بِمَا تَعْمَلُوْنَ بَصِيْرٌ ③

৩। মহাকননি শেম-শাখিবা নখোইবু, তৌইগুম্বসুং নখোই খরনা লমফৈ-খোঙফম্ন-বশিংনি অমসুং নখোই খরনা অচুম্বা থাজবশিংনি। অদুগা অল্লাহনা ইউ-উই নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

خَلَقَ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضَ بِالْحَقِّ وَصَوَّرَكُمْ فَاَحْسَنَ صُوَرَكُمْ وَاِلَيْهِ الْمَصِيْرُ ④

৪। মহাকনা লৈশেম-নুংশেমখি স্বর্গ অমসুং পৃথিবী অচুম্বগা লোয়ননা, অমসুং মহাকনা তমখি নখোইগী মওং-মতৌ অমসুং শেমখি নখোইগী মওং-মতৌশিং ফজনা; অমসুং মঙোন্দা (অরোয়বা) হনজনফমনি।

يَعْلَمُ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ وَيَعْلَمُ مَا تُسِرُّوْنَ وَمَا تُعْلِنُوْنَ وَاللّٰهُ عَلِيْمٌ بِذَاتِ الصُّدُوْرِ ⑤

৫। মহাকনা খঙই স্বর্গদা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবাপুম্বা, অমসুং মহাকনা খঙই নখোইনা লোৎশনবসু অমসুং নখোইনা ফোংদোকপসু। অদুগা অল্লাহনা মুন্না খঙই থবাক মনুংশিংদা লোৎশন্দুনা লৈবসু।

اَلَمْ يَاْتِكُمْ نَبَؤُا الَّذِيْنَ كَفَرُوْا مِنْ قَبْلُ فَذَاقُوْا وَبَالَ اَمْرِهِمْ وَلَهُمْ عَذَابٌ اَلِيْمٌ ⑥

৬। যৌরক্তব্রা ব্রারী নখোইদা অদুগুম্বা মীওইশিংদুগী মখোইনা অচুম্বা থাজখিদবা মমাংঙৈদা? মরমদুনা মখোইনা তংখি মহাউ মখোইগী ফত্তবা তৌজ মতিকমলগী অমসুং মখোইনা ফংখি অৱাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

ذٰلِكَ بِاَنَّهٗ كَانَتْ تَّاْتِيْهِمْ رُسُلُهُمْ بِالْبَيِّنٰتِ

৭। (মখোইনা অৱাবা নম্বোনখিবা) অদুগী মরমদি মখোইগী রসুলশিং লাকখি মখোইদা লোয়ননা

فَقَالُوٓا أَبَشَرٌ يَهْدُونَنَا فَكَفَرُوا وَتَوَلَّوا وَّاسْتَغْنَى اللّٰهُ ۚ وَاللّٰهُ غَنِيٌّ حَمِيدٌ ﴿٧﴾

তশেংবা খুদমশিংগা (মখোইগী মিশনগী), তৌইগুম্বসুং মখোইনা হায়খি ঃ "তাইবঙ মীশিংনা লমজিংগদৌরিব্রা ঐখোইবু ?" মরমদুনা মখোইনা লমফৈ-খোঙফম্নখি অমসুং মমায় ওথোকখি, তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা করিসু দরকার ওইদে (মখোইবু) ; অমসুং অল্লাহদি অরাৎ-অপা লৈতবনি, থাগৎপদা থোইদোক্লা মতিকচাবনি।

زَعَمَ الَّذِينَ كَفَرُوٓا أَن لَّن يُبْعَثُوا ۚ قُلْ بَلَىٰ وَرَبِّي لَتُبْعَثُنَّ ثُمَّ لَتُنَبَّؤُنَّ بِمَا عَمِلْتُمْ ۚ وَذَٰلِكَ عَلَى اللّٰهِ يَسِيرٌ ﴿٨﴾

৮। লমফৈ-খোঙফম্নবশিং মখোইদুনা খল্লি মদুদি মখোইবু (শিরবা মতুংদা) অমুক হিংগৎহন বিরোই। হায়য়ু (মখোইদা) "হোই, ঐগী মপুগী কসম! নখোইবু শোয়দনমক হিংগৎহনবিগনি ; অদুগী মতমদা নখোইবু শোয়দনমক খঙহনবিগনি নখোইনা তৌখিবা (পুম্নমক)। অদুগা মদু ঈলায়-লায়বনি অল্লাহদা।

فَاٰمِنُوا بِاللّٰهِ وَرَسُولِهٖ وَالنُّورِ الَّذِيٓ أَنزَلْنَا ۚ وَاللّٰهُ بِمَا تَعْمَلُونَ خَبِيرٌ ﴿٩﴾

৯। মরমদুনা নখোই থাজৌ অল্লাহবু অমসুং মহাক্কী রসুলবু, অমসুং মঙাল ঐখোইনা থাবিখিবা অদুবু। অদুগা অল্লাহনা মুন্না খঙবনি নখোইনা তৌরিবাপুম্বা।

يَوْمَ يَجْمَعُكُمْ لِيَوْمِ الْجَمْعِ ذٰلِكَ يَوْمُ التَّغَابُنِ ۗ وَمَن يُؤْمِنۢ بِاللّٰهِ وَيَعْمَلْ صَالِحًا يُكَفِّرْ عَنْهُ سَيِّاٰتِهٖ وَيُدْخِلْهُ جَنّٰتٍ تَجْرِي مِن تَحْتِهَا الْأَنْهٰرُ خٰلِدِينَ فِيهَآ أَبَدًا ۚ ذٰلِكَ الْفَوْزُ الْعَظِيمُ ﴿١٠﴾

১০। নুমিৎ অদুদা মহাকনা খোমজনবিগনি (মীওইবশিং) নখোইবু, পুল্লপ পুনশনবা নুমিত্তা, মদু ওইগনি অমাঙবা অমসুং অতোংবা উৎপা নুমিৎ। অদুগা কনাগুম্বা মীনা থাজরবা অল্লাহবু অমসুং অফবা লম্বীনরবা—মহাকনা লৌথোকপিগনি মখোইদগী ফত্তবা (ফলশিং) মখোইগী থবকশিংগী অমসুং চঙহনবিগনি মখোইবু স্বর্গ লৈংকোনশিংদা মখা অদুদা তুরেলশিং ঈচেল্লি, মদুগী মনুংদা (মখোই) লৈরগনি মতমপুম্বা। মদু খ্বাইদগী হেন্না অচৌবা জয়নি।

وَالَّذِينَ كَفَرُوا وَكَذَّبُوا بِاٰيٰتِنَآ أُولٰٓئِكَ أَصْحٰبُ النَّارِ خٰلِدِينَ فِيهَا ۖ وَبِئْسَ الْمَصِيرُ ﴿١١﴾

১১। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইদু লমফৈ-খোঙফম্নরম্বা অমসুং য়াখিদবা ঐখোইগী পাওজেলশিংবু, মখোইসি মরূপশিংনি খাম্বি মৈগী, মদুগী মনুংদা মখোই লৈরগনি ; অমসুং মদু ফত্তবা পন্থুংফমনি।

২ শুবা রুকূ

১২। অরা-অনা অমতা থোক্কে (মী কনামতদা) অল্লাহগী হুকুম নত্তনা। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা (চপচানা) থাজরবদি অল্লাহবু, মহাকনা পীবি লমজিং লাইরা মহাক্কী মথম্মোইদা। অদুগা অল্লাহনা মুন্না খঙই পোৎ পুম্নমক।

مَآ اَصَابَ مِنْ مُّصِيْبَةٍ اِلَّا بِاِذْنِ اللّٰهِ ۚ وَ مَنْ يُّؤْمِنْۢ بِاللّٰهِ يَهْدِ قَلْبَهٗ ۚ وَاللّٰهُ بِكُلِّ شَيْءٍ عَلِيْمٌ ⑪

১৩। অদুগা ইল্লু ময়াথং অল্লাহগী অমসুং ইল্লু রসুলনা হায়বদা; তৌইগুম্বসুং নখোইনা নমায় ওথোকলবদি, অদুগী মতমদা ঐখোইগী রসুলনা দায়-পুবনি তশেং-তশেংনা পাওথুংবতগী।

وَ اَطِيْعُوا اللّٰهَ وَاَطِيْعُوا الرَّسُوْلَ ۚ فَاِنْ تَوَلَّيْتُمْ فَاِنَّمَا عَلٰى رَسُوْلِنَا الْبَلٰغُ الْمُبِيْنُ ⑫

১৪। অল্লাহ! লৈতে চীঙু লাই কনামতা মহাক নত্তবা। মরমদুনা অল্লাহদা আশা তৌজসনু অচুম্বা থাজবশিংনা।

اَللّٰهُ لَآ اِلٰهَ اِلَّا هُوَ ۚ وَ عَلَى اللّٰهِ فَلْيَتَوَكَّلِ الْمُؤْمِنُوْنَ ⑬

১৫। হে অচুম্বা থাজবশিং! তশেংবমক নখোইগী নতাল্লোইশিংদা অমসুং নখোইগী নচাশিংগী মরক্তা খরদি (মরক-মরক্তা) ওই য়েক্লবশিং নখোইদা, মরমদুনা চেকশল্লু মখোইবু। তৌইগুম্বসুং নখোইনা ঙাকপিরবদি (মখোইগী অরানবশিং) অমসুং উশন্নদ্রবদি মখোইগী (অরান-অহুইশিং) অমসুং কোকপিরবদি (মখোইগী মরালশিং), মতমদুদা তশেংবমক অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْٓا اِنَّ مِنْ اَزْوَاجِكُمْ وَاَوْلَادِكُمْ عَدُوًّا لَّكُمْ فَاحْذَرُوْهُمْ ۚ وَاِنْ تَعْفُوْا وَتَصْفَحُوْا وَتَغْفِرُوْا فَاِنَّ اللّٰهَ غَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ⑭

১৬। তশেংবমক, নখোইগী নরন-নথুম অমসুং নখোইগী নচা-নশুশিং চাং য়েংনবা পোৎনি; তৌইগুম্বসুং অল্লাহগী মনাক্তা (অচুম্বা লম্বীনবশিংগী)লৈ অচৌবা মনা-মথিন।

اِنَّمَآ اَمْوَالُكُمْ وَاَوْلَادُكُمْ فِتْنَةٌ ۚ وَاللّٰهُ عِنْدَهٗٓ اَجْرٌ عَظِيْمٌ ⑮

১৭। মরমদুনা কিয়ু অল্লাহবু অদুক্কী মতিক ঙম্বামখৈ, অমসুং তাও (মহাক্কী পাওজেনশিং), অমসুং ইল্লু (মহাক্কী ময়াথংশিং, অমসুং খরচ তৌ (মহাক্কী লম্বীদা)—মদু ফনঙাইনি নখোইগী হক্তা। অদুগা (চানীংগনবা থনবা নাইদে, মিহৈচাওবা পেনবা লৈতে) কনাগুম্বনা থাদোকচরবদি মথরাইগী কল্লক-মিহৌবা — মখোইদু য়াইফবা ফংনিঙঙাইনি।

فَاتَّقُوا اللّٰهَ مَا اسْتَطَعْتُمْ وَاسْمَعُوْا وَاَطِيْعُوْا وَاَنْفِقُوْا خَيْرًا لِّاَنْفُسِكُمْ ۗ وَمَنْ يُّوْقَ شُحَّ نَفْسِهٖ فَاُولٰٓئِكَ هُمُ الْمُفْلِحُوْنَ ⑯

إِنْ تُقْرِضُوا اللَّهَ قَرْضًا حَسَنًا يُضٰعِفْهُ لَكُمْ وَيَغْفِرْ لَكُمْ ۚ وَاللَّهُ شَكُورٌ حَلِيمٌ ﴿١٧﴾

১৮। নখোইনা (শেন্দোং লৌদনা) ফজনা শেল পুথোকলবদি অল্লাহদা, মহাকনা পীবিরক্কনি শরুক য়াম্না হেঙ্গৎনা নখোইদা অমসুং কোকপিগনি নখোইবু। অদুগা অল্লাহদি খ্বাইদগী হেন্না শীংথানবিহৈবনি, খাংবিহৈবনি।

عٰلِمُ الْغَيْبِ وَالشَّهَادَةِ الْعَزِيزُ الْحَكِيمُ ﴿١٨﴾

১৯। (মহাক্তি) অখণ্ডবনি অরোনবা অমসুং অফোংবা পুম্নমক, পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।



## سُورَةُ الطَّلَاقِ مَدَنِيَّةٌ (٦٥)



অল-তলাক সূরহ ৬৫

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ১৩ নি)

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيمِ ﴿١﴾

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

يٰٓأَيُّهَا النَّبِيُّ إِذَا طَلَّقْتُمُ النِّسَآءَ فَطَلِّقُوهُنَّ لِعِدَّتِهِنَّ وَأَحْصُوا الْعِدَّةَ ۖ وَاتَّقُوا اللَّهَ رَبَّكُمْ ۖ لَا تُخْرِجُوهُنَّ مِنْ بُيُوتِهِنَّ وَلَا يَخْرُجْنَ إِلَّآ أَنْ يَأْتِينَ بِفٰحِشَةٍ مُّبَيِّنَةٍ ۚ وَتِلْكَ حُدُودُ اللَّهِ ۚ وَمَنْ يَتَعَدَّ حُدُودَ اللَّهِ فَقَدْ ظَلَمَ نَفْسَهُ ۚ لَا تَدْرِي لَعَلَّ اللَّهَ يُحْدِثُ بَعْدَ ذٰلِكَ أَمْرًا ﴿٢﴾

২। হে নবী! (নং লাউথোকও মুসলিমশিংদা) নখোইনা নুপীশিং খায়নবা মতমদা, খায়দোকও মখোইবু মখোইগী লেপখিবা মতমদা, অমসুং হিসাব তৌ মতমদু (চপচানা); অমসুং কিয়ু অল্লাহ—নখোইগী মপুবু। তাংথোক্কনু মখোইবু মখোইগী ময়ুমশিংদগী নত্ত্রগা মখোই মশানা চথোকলোইদবনি (লেপখিবা মতমদু শুদরিঙৈদা) মখোইনা মশক খঙনা ওক্তবা তৌরুবা নত্তরবদি। পুম্নমকসি পনখৈশিংনি অল্লাহগী হুকুমগী; তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা থুগায়রবদি অল্লাহগী (লেপখিবা) পনখৈশিং, মহাকনা তশেংনা অরানবা তৌজবনি মহাক মশামক্কী থরাইদা। (হে নুপী খায়নবশিং!) নখোইনা খঙদে মদুদি অল্লাহনা মসিগী মতুংদা থোকহল্লকপসু য়াই অনৌবা থৌওং অমা (খৎনরবা মতুংদা চান্নহনবিদুনা)।

فَإِذَا بَلَغْنَ أَجَلَهُنَّ فَأَمْسِكُوهُنَّ بِمَعْرُوفٍ أَوْ فَارِقُوهُنَّ بِمَعْرُوفٍ وَأَشْهِدُوا ذَوَيْ عَدْلٍ مِنْكُمْ وَأَقِيمُوا الشَّهَادَةَ لِلَّهِ ۚ ذَٰلِكُمْ يُوعَظُ بِهِ مَنْ كَانَ يُؤْمِنُ بِاللَّهِ وَالْيَوْمِ الْآخِرِ ۚ وَمَنْ يَتَّقِ اللَّهَ يَجْعَلْ لَهُ مَخْرَجًا ۝٢

৩। মরমদুনা মখোইগীলেপখিবা মতম (-ইদ্দত) শুরবদা, থম্বিয়ু মখোইবু নিংথীজনা (অমুকহন্না লৌশনবিদুনা) নত্ত্রগা থাদোকপিয়ু মখোইবু ফজনা, অমসুং কৌশল্লু সাক্ষী ওইনবা অচুম্বা লম্বীনবা নিপা অনি (অমনা পাগী, অতোপ্পনা পীগী) নখোইগী মরক্তগী; অমসুং অচুম্বা সাক্ষী পীয়ু অল্লাহগীদমক্তা (খায়নবা থোকহল্লিবগী মরমদা)। অসুম্না পাওতাক পীরি মহাক অদুবু মহাকনা থাজখ্রবা অল্লাহ অমসুং অরোয়বা নুমিৎপু। অদুগা কনাগুম্বনা (তশেংনা) কিরবদি অল্লাহবু—মহাকনা শেম্বিগনি লম্বী অমা মহাক্কীদমক (অরাবগী ঈরৈদা ঈরাক্লদনবা),

وَيَرْزُقْهُ مِنْ حَيْثُ لَا يَحْتَسِبُ ۚ وَمَنْ يَتَوَكَّلْ عَلَى اللَّهِ فَهُوَ حَسْبُهُ ۚ إِنَّ اللَّهَ بَالِغُ أَمْرِهِ ۚ قَدْ جَعَلَ اللَّهُ لِكُلِّ شَيْءٍ قَدْرًا ۝٣

৪। অমসুং পীবিগনি চিঞ্জাক মহাক্কীদমক অসিগুম্বা মফমদগী মহাকনা আশা তৌদবা। অদুগা কনাগুম্বনা আশা তৌরবদি অল্লাহদা, (নখোই খঙ্ঙু) মহাকনা ওকলে মহাক্কীদমক। তশেংবমক, অল্লাহনা পাংথোকপিগনি মহাক্কী ময়াথং। অল্লাহনা লেপ্পিখ্রে চাং অমা পোৎ খুদিংমক্কী।

وَاللَّائِي يَئِسْنَ مِنَ الْمَحِيضِ مِنْ نِسَائِكُمْ إِنِ ارْتَبْتُمْ فَعِدَّتُهُنَّ ثَلَاثَةُ أَشْهُرٍ وَاللَّائِي لَمْ يَحِضْنَ ۚ وَأُولَاتُ الْأَحْمَالِ أَجَلُهُنَّ أَنْ يَضَعْنَ حَمْلَهُنَّ ۚ وَمَنْ يَتَّقِ اللَّهَ يَجْعَلْ لَهُ مِنْ أَمْرِهِ يُسْرًا ۝٤

৫। অদুগা নখোইনা চিংনরবদি (ইদ্দতকী মতমগী মরমদা) অসিগুম্বা নখোইগী নুপীশিং ঋতু বন্দ তৌখ্রবা (ঈ খম্বগী চহি য়ৌরদুনা), মখোইগী লেপখিবা মতম থাবুম অহুমনি, অমসুং (নাবালিগ ওইদুনা) মখোইগী ঋতু হৌজিক ফাওবা লাক্তরিবগীসু (ইদ্দত অসিগা মান্নবনি)। তৌইগুম্বসু গর্ভ পুবীশিংদি, মখোইগী মতম মখোইনা (মপুক্কী) পোৎলুম থাদরিবা ফাওবনি। কনাগুম্বনা (য়াথং পুম্নমক ঙাক্তুনা) কিজরবদি অল্লাহবু, মহাকনা লায়থোকহনবিগনি মহাক্কী থবক।

ذَٰلِكَ أَمْرُ اللَّهِ أَنْزَلَهُ إِلَيْكُمْ ۚ وَمَنْ يَتَّقِ اللَّهَ يُكَفِّرْ

৬। মসি হুকুমনি অল্লাহগী, মদু মহাকনা থাবিরকখিবনি নখোইদা। অদুগা কনাগুম্বনা কিজরবদি অল্লাহবু, মহাকনা লৌথোকপিগনি

عَنْهُ سَيِّاٰتِهٖ وَيُعْظِمْ لَهٗٓ اَجْرًا ۝

মঙোন্দগী ফত্তবা (ফলশিং) মহাক্কী থবকশিংগী অমসুং পীবিগনি মহাকপু অচৌবা মনা-মথিন।

اَسْكِنُوْهُنَّ مِنْ حَيْثُ سَكَنْتُمْ مِّنْ وُّجْدِكُمْ وَلَا تُضَآرُّوْهُنَّ لِتُضَيِّقُوْا عَلَيْهِنَّ ۗ وَاِنْ كُنَّ اُولَاتِ حَمْلٍ فَاَنْفِقُوْا عَلَيْهِنَّ حَتّٰى يَضَعْنَ حَمْلَهُنَّ ۚ فَاِنْ اَرْضَعْنَ لَكُمْ فَاٰتُوْهُنَّ اُجُوْرَهُنَّ ۚ وَاْتَمِرُوْا بَيْنَكُمْ بِمَعْرُوْفٍ ۚ وَاِنْ تَعَاسَرْتُمْ فَسَتُرْضِعُ لَهٗٓ اُخْرٰى ۝

৭। লৈফম পীয়ু (খায়নখ্রবা নুপীশিংবু ইদ্দতকী চৈনুংদা) নখোইনা লৈরিবা য়ুম (গী মফম অমা)দা, নখোইগী (অঙম্বা) উপায়গী মতুংইন্না (চপমান্ননা লৈমিন্নবগী); অমসুং ওৎ-নৈবিগনু মখোইবু রাহন-নংহন্নবগী। অদুগা মখোইনা করিগুম্বা গর্ভ পুরবদি, খরচ তৌ (দরকার ওইবমখৈ) মখোইগী পোৎলুম থাদরিবা ফাওবা। (অঙাং উনরবা) মতমদুদা মখোইনা খোম পিথকলবদি (অঙাং অদুবু) নখোইগীদমক্তা, খরচ পীয়ু মখোইদা (চৎনবী মতুংইন্না), অমসুং নখোই (পা-মা অনিমক)পুন্না রা তান্নৌ ফনবগী (তনৌ-তনৌবা অঙাং অদুগী); তৌইগুম্বসুং নখোই (মশেল) য়ানদ্রবদি (মমানা মচাবু চহি অনি খোম পিথকপা), অতোপ্পা (খোম ইনবী নুপী অম)না খোম পিথকসনু (অঙাং অদুবু, মপা) মহাক্কীদমক।

لِيُنْفِقْ ذُوْ سَعَةٍ مِّنْ سَعَتِهٖ ۗ وَمَنْ قُدِرَ عَلَيْهِ رِزْقُهٗ فَلْيُنْفِقْ مِمَّآ اٰتٰىهُ اللّٰهُ ۗ لَا يُكَلِّفُ اللّٰهُ نَفْسًا اِلَّا مَآ اٰتٰىهَا ۗ سَيَجْعَلُ اللّٰهُ بَعْدَ عُسْرٍ يُّسْرًا ۝ ع

৮। মরাংকায়না লৈবা মীনা খরচ তৌসনু মহাক্কী মরাংকায়বগী মতুংইন্না, অমসুং হৎথনা উপায় লৈবনা খরচ তৌসনু অল্লাহনা পীখিবা অদুদগী মঙোন্দা। অল্লাহনা থোনগৎপিদে অরুম্বা নম্বো থরাই অমতদা মহাকনা পীখিবা অদুদগী হেন্দোক্লা। অল্লাহনা থুনমক পীবিগনি নুংঙাইবা (অমদি পোখাবা) অরা-অনংবগী মতুংদা।

২ শুবা রুকূ

وَكَاَيِّنْ مِّنْ قَرْيَةٍ عَتَتْ عَنْ اَمْرِ رَبِّهَا وَرُسُلِهٖ فَحَاسَبْنٰهَا حِسَابًا شَدِيْدًا ۙ وَّعَذَّبْنٰهَا عَذَابًا نُّكْرًا ۝

৯। শহর কয়া(দা লৈবা মীশিং)না য়াখিদ্রবা ময়াথং মখোইগী মপুগী অমসুং মহাক্কী রসুলশিংগী! মরমদুনা ঐখোইনা লৌখিখি অকনবা হিসাব মখোইগী মথক্তা, অমসুং লাক্লবিখি মখোইবু অকিবগী মশক ওইবা চৈরাক থারিদুনা।

فَذَاقَتْ وَبَالَ اَمْرِهَا وَكَانَ عَاقِبَةُ اَمْرِهَا خُسْرًا ⑩

১০। মরমদুনা মখোইনা মহাউ তংখি ফত্তবা (মহৈশিং) মখোইগী লমচৎকী, অমসুং মখোইগী থবক্কী পোল্লোইদি পুম্মাঙনি।

اَعَدَّ اللّٰهُ لَهُمْ عَذَابًا شَدِيْدًا فَاتَّقُوا اللّٰهَ يٰٓاُولِي الْاَلْبَابِ ۚ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا ۚ قَدْ اَنْزَلَ اللّٰهُ اِلَيْكُمْ ذِكْرًا ⑪

১১। অল্লাহনা থৌরাং তৌবিখ্রে মখোইগীদমক্তা অকনবা ৱায়েল-চৈরাক ; মরমদুনা কিয়ু অল্লাহবু, হে জ্ঞান চৈরোইনবা মীশিং ! তশেংবমক অল্লাহনা থাবিখ্রে নখোইদা নীংশিঙহন্নবা পোৎ অমা—

رَّسُوْلًا يَّتْلُوْا عَلَيْكُمْ اٰيٰتِ اللّٰهِ مُبَيِّنٰتٍ لِّيُخْرِجَ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ مِنَ الظُّلُمٰتِ اِلَى النُّوْرِ ۗ وَمَنْ يُّؤْمِنْۢ بِاللّٰهِ وَيَعْمَلْ صَالِحًا يُّدْخِلْهُ جَنّٰتٍ تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ خٰلِدِيْنَ فِيْهَآ اَبَدًا ۗ قَدْ اَحْسَنَ اللّٰهُ لَهٗ رِزْقًا ⑫

১২। রসুলগী (শক্তমদা), মহাকনা থীথদুনা তাহল্লি নখোইদা তশেংবা পাওজেনশিং অল্লাহগী, অদুনা মহাকনা পুথোরক্নবা অচুম্বা থাজবশিং অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনববু অমম্বা (গী ঈরোন্নুং)দগী (ইসলামগী) মঙালদা। অদুগা কনাগুম্বনা (চপচানা) থাজরবদিঅল্লাহবু অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনরবনি—মহাকনা চঙহনবিগনি মহাকপু স্বর্গ লৈকোনশিংদা মখা অদুদা তুরেলশিং ঈচেল্লি, মদুগী মনুংদা লৈরগনি মতমপুম্বা। তশেংবমক অল্লাহনা থম্বিখ্রে অফবা চিঞ্জাক মহাক্কীদমক।

اَللّٰهُ الَّذِيْ خَلَقَ سَبْعَ سَمٰوٰتٍ وَّمِنَ الْاَرْضِ مِثْلَهُنَّ ۗ يَتَنَزَّلُ الْاَمْرُ بَيْنَهُنَّ لِتَعْلَمُوْٓا اَنَّ اللّٰهَ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيْرٌ ۙ وَّاَنَّ اللّٰهَ قَدْ اَحَاطَ بِكُلِّ شَيْءٍ عِلْمًا ⑬

১৩। অল্লাহ মহাকননি শেম-শাবিখিবা স্বর্গ তরেৎ অমসুং মদুগা মান্নবা পৃথিবী। (অল্লাহগী) হুকুম তাওথরকই মখোইগী মরক্তা, অদুনা (মী) নখোই খঙঙু অল্লাহদি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা, অমসুং অল্লাহনা পুমকোয়-কোয়শল্লি পোৎ পুম্নমকবু (মহাক্কী) জ্ঞান্না।

# سُوْرَةُ التَّحْرِيْمِ مَدَنِيَّةٌ

অল-তহরিম

সূরহ ৬৬

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ১২ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

يٰٓاَيُّهَا النَّبِيُّ لِمَ تُحَرِّمُ مَآ اَحَلَّ اللّٰهُ لَكَ ۚ تَبْتَغِيْ مَرْضَاتَ اَزْوَاجِكَ ۗ وَاللّٰهُ غَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ②

২। হে নবী! করি মরমগী নংনা থিংবগে (নশামকপু মরূপনবা নংগী মলিকাশিংগা) অল্লাহনা (তিন্নবা) য়াহনবিখ্রবদু নংঙোন্দা? নংনা হোৎনব্রা পেলহন্নবা নংগী মলিকাশিংবু? অদুগা অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

قَدْ فَرَضَ اللّٰهُ لَكُمْ تَحِلَّةَ اَيْمَانِكُمْ ۚ وَاللّٰهُ مَوْلٰىكُمْ ۚ وَهُوَ الْعَلِيْمُ الْحَكِيْمُ ③

৩। অল্লাহনা তশেংবমক য়াবিখ্রে নখোইবু (হে মুসলিমশিং!) থুগায়বা নখোইগী ৱাশকশিং (ৱাথোক খরদা), করিনা হায়ববু অল্লাহদি নখোইগী ঙাকপিবনি (মরম পুম্নমক্তা) অমসুং মহাক্তি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَاِذْ اَسَرَّ النَّبِيُّ اِلٰى بَعْضِ اَزْوَاجِهٖ حَدِيْثًا ۚ فَلَمَّا نَبَّاَتْ بِهٖ وَاَظْهَرَهُ اللّٰهُ عَلَيْهِ عَرَّفَ بَعْضَهٗ وَاَعْرَضَ عَنْۢ بَعْضٍ ۚ فَلَمَّا نَبَّاَهَا بِهٖ قَالَتْ مَنْ اَنْۢبَاَكَ هٰذَا ۗ قَالَ نَبَّاَنِيَ الْعَلِيْمُ الْخَبِيْرُ ④

৪। অদুগা য়েংউ! নবীনা শীন্নখি ৱারম অমা মহাক্কী মলিকা অমদা, তৌইগুপ্তসুং মহাকনা তাকথোকখি মদু (অতোপ্পা মলিকাদা), অদুদা অল্লাহনা খঙহনবিখি (নাচুংদবদু, নবী) মহাকপু, (অমসুং) মহাকনা হায়খি (মলিকা অদুদা) মদুগী শরুক খরদং অমসুং হায়খিদে মদুগী শরুক খরনা। মরমদুনা মহাকনা হায়খিবদা (অরোনবা ফোংদোকখিবদুঃ মলিকা) মঙোন্দা, মহাকনা ওনশন্দুনা হায়খিঃ "কনানা হায়বগে মদু ইবুঙোদা?" (নবী) মহাকনা পাওখুম্বিখিঃ "ঐঙোন্দা তাকপিখি পোৎ পুম্নমক খঙবা, খবররালা (অল্লাহ)না।"

اِنْ تَتُوْبَآ اِلَى اللّٰهِ فَقَدْ صَغَتْ قُلُوْبُكُمَا ۚ وَاِنْ تَظٰهَرَا عَلَيْهِ فَاِنَّ اللّٰهَ هُوَ مَوْلٰىهُ وَجِبْرِيْلُ وَ

৫। হৌজিক নখোই অনিনা নপুকনিং ওনশনজরবদি অল্লাহদা অরাবা ফোংদোক্তুনা (নখোইগী হেন্না অফবনি), মরমদি তশেংবমক নখোইগী থম্মোইশিংনা য়ানীংখ্রবনি (অল্লাহদা

صَالِحُ الْمُؤْمِنِيْنَ وَالْمَلٰٓئِكَةُ بَعْدَ ذٰلِكَ ظَهِيْرٌ ④

ওনশনবসিদা) তৌইগুম্বসুং নখোই মশেল মীচং চংনরবদি মহাক্কী মায়োক্তা, তশেংবমক অল্লাহদি মহাক্কী য়োকখৎপিবনি, অমসুং জিব্রীল অমসুং ধর্ম্মলৈবা থাজবশিং (তেংবাংবশিংনি) মহাক্কী: অমসুং অসিদগী হেন্দোক্না স্বর্গ দুতশিংসু (মহাক্কী) তেংবাংবশিংনি।

عَسٰى رَبُّهٗٓ اِنْ طَلَّقَكُنَّ اَنْ يُّبْدِلَهٗٓ اَزْوَاجًا خَيْرًا مِّنْكُنَّ مُسْلِمٰتٍ مُّؤْمِنٰتٍ قٰنِتٰتٍ تٰٓئِبٰتٍ عٰبِدٰتٍ سٰٓئِحٰتٍ ثَيِّبٰتٍ وَّاَبْكَارًا ⑤

৬। মসি ওইবা য়াই মদুদি, মহাকনা খায়নরবদি নখোই (পুম্নমক)বু, মহাক্কী মপুনা পীবিগনি মহাকপু নখোইগী মহুওা (অতোপ্পা) মলিকাশিং নখোইদগী হেন্না ফবা মুসলিম নুপীশিং, ধর্ম্ম ফাম্বনবীশিং, হায়বা ইনবীশিং, মতমপুম্বদা অল্লাহদা মপুকনিং ওনশনবীশিং, ভক্তি লৈবীশিং, ব্রত কনবীশিং, লুখ্রাবীশিং নত্রগা লৈশাবীশিং।

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا قُوْٓا اَنْفُسَكُمْ وَاَهْلِيْكُمْ نَارًا وَّقُوْدُهَا النَّاسُ وَالْحِجَارَةُ عَلَيْهَا مَلٰٓئِكَةٌ غِلَاظٌ شِدَادٌ لَّا يَعْصُوْنَ اللّٰهَ مَآ اَمَرَهُمْ وَيَفْعَلُوْنَ مَا يُؤْمَرُوْنَ ⑥

৭। হে অচুম্বা থাজবশিং! নখোই কল্লু নশামকপু অমসুং নখোইগী ইমুংগী মীশিংবু (নরক্কী) থাম্বি মৈদগী মদুগী শীংবি মৈহুমদি ওইগনি মীশিং অমসুং নুংশিংনা, মদু পান্নরিবা স্বর্গ দুতশিংদু নুংশি-খোৎসিগন্দবনি অমসুং শাথীবনি, মখোই কদৌঙেদসু য়াথং হীকতোক্তে অল্লাহগী মহাকনা য়াথংনবদু মখোইবু অমসুং (চপচানা) তৌই মখোইবু য়াথংনবদু।

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ كَفَرُوْا لَا تَعْتَذِرُوا الْيَوْمَ ۖ اِنَّمَا تُجْزَوْنَ مَا كُنْتُمْ تَعْمَلُوْنَ ⑦

৮। হে লমফে-খোঙফম্নবশিং! হায়জ-চৎচা তৌগানু নরাল ঙাকপিনবগী ঙসি নুমিত্তা। নখোইবু লমল খুম্বিগনি নখোইনা তৌখিবা অদুতগী।

২ শুবা রুকূ

يٰٓاَيُّهَا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا تُوْبُوْٓا اِلَى اللّٰهِ تَوْبَةً نَّصُوْحًا ۭ عَسٰى رَبُّكُمْ اَنْ يُّكَفِّرَ عَنْكُمْ سَيِّاٰتِكُمْ وَيُدْخِلَكُمْ جَنّٰتٍ تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ ۙ يَوْمَ لَا يُخْزِي

৯। হে অচুম্বা থাজবশিং! ওনশল্লু অল্লাহদা নপুকনিং শেংনা (নপাপকী) নুংনাংবা ফোংদোক-চদুনা। মসি ওইবা য়াই মদুদি নখোইগী মপুনা লৌথোকপিগনি ফত্তবা (মহৈশিং) নখোইগী থবকশিংগী অমসুং চঙহনবিগনি নখোইবু স্বর্গ লৈকোনশিংদা মখা অদুদা তুরেলশিং ঈচেল্লি। নুমিৎ অদুদা

অল্লাহনা ঈকাইবা শরুক্কুহনবিরোই নবীবু অমসুং মহাক্কা লোয়নননা অচুম্বা থাজখিবা মখোইদু। মখোইগী মঙাল (ধর্ম্মদা থাজবগী) জর-জর চৎকনি মখোইগী মমাংদা অমসুং মখোইগী য়েৎথংবা মখুৎশিংদা (মখোইগী লম্বী ঙালহন্দুনা)। মখোইনা *হায়গনিঃ "ঐখোইগী মপুও! মপুং ফাহনবিয়ু ঐখোইগী মঙাল ঐখোইগীদমক্তা অমসুং কোকপিয়ু ঐখোইবু; তশেংবমক নহাক্তি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।"

اللّٰهُ النَّبِيَّ وَالَّذِينَ اٰمَنُوا مَعَهٗ ۚ نُورُهُمْ يَسْعٰى بَيْنَ اَيْدِيهِمْ وَبِاَيْمَانِهِمْ يَقُولُونَ رَبَّنَآ اَتْمِمْ لَنَا نُورَنَا وَاغْفِرْ لَنَا ۚ اِنَّكَ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيرٌ ⑧

১০। হে নবী! কন্না হোংনৌ অচুম্বা থাজদবশিং অমসুং মতাৎ তৌবশিংগী মায়োক্তা; অমসুং (শাথীবদি নত্তুনা) অকনবা তৌ মখোইদা অদুগা মখোইগী ঠিকানাদি যম লৈবাকনি: মদু ফত্তবা পংথুংফমনি।

يٰٓاَيُّهَا النَّبِيُّ جَاهِدِ الْكُفَّارَ وَالْمُنٰفِقِينَ وَاغْلُظْ عَلَيْهِمْ ۚ وَمَاْوٰىهُمْ جَهَنَّمُ ۚ وَبِئْسَ الْمَصِيرُ ⑨

১১। অল্লাহনা উৎপিরি পান্দম অমা অচুম্বা থাজদ্দবশিংদাঃ নুহগী নুপী অমসুং লুতকী নুপী। মখোই লৈরম্মী ঐখোইগী ধর্ম্ম লম্মীনবা ইনাই অনিগী মখাদা. তৌইগুম্বসুং মখোইনা তৌখি থাজবা য়াদবা থবক মখোই (মপুরোইবশিং) দা মরমদুনা মখোই(গী মপুরোইবশিংদু) করিসু কান্নবা ওইখিদে মখোই (অনি)দা অল্লাহগী মায়োক্তাঃ অমসুং (রায়েল বিচারগী নুমিত্তা) অসি হায়বিগনি (মখোইদা): "চঙলো খাম্বি মৈনুংদা নখোই অনি লোয়নননা (অতৈ) চঙগদবশিংদুগা।"

ضَرَبَ اللّٰهُ مَثَلًا لِّلَّذِينَ كَفَرُوا امْرَاَتَ نُوحٍ وَّامْرَاَتَ لُوطٍ ۚ كَانَتَا تَحْتَ عَبْدَيْنِ مِنْ عِبَادِنَا صَالِحَيْنِ فَخَانَتٰهُمَا فَلَمْ يُغْنِيَا عَنْهُمَا مِنَ اللّٰهِ شَيْـًٔا وَّقِيلَ ادْخُلَا النَّارَ مَعَ الدّٰخِلِينَ ⑩

১২। অদুগা (অমুকসু অল্লাহনা উৎপিরি (ফজখ্রবা) পান্দম অমা অচুম্বা থাজদ্দবশিংদাঃ ফিরঔনগী নুপী। য়েংউ মহাকনা হায়খিঃ "ঐগী মপুও! শাবিয়ু ঐগীদমক্তা যুম অমা নহাক্কী ননাক্তা স্বর্গ লৈকোম্নুংদা অমসুং কনবিয়ু ঐবু ফিরঔন্দগী

وَضَرَبَ اللّٰهُ مَثَلًا لِّلَّذِينَ اٰمَنُوا امْرَاَتَ فِرْعَوْنَ ۘ اِذْ قَالَتْ رَبِّ ابْنِ لِي عِنْدَكَ بَيْتًا فِي الْجَنَّةِ وَنَجِّنِي مِنْ فِرْعَوْنَ وَعَمَلِهٖ وَنَجِّنِي مِنَ الْقَوْمِ

অমসুং মহাক্কী (অরানবা) থবকশিংদগী, অমসুং কনবিয়ু ঐবু অরানবা লম্বীনবা মীশিংদগী।"

الظّٰلِمِيْنَ ⑪

১৩। অদুগা (অতোপ্পা পান্দম অমনা অচুম্বা থাজবশিংদা :) মরয়ম, ইমরানগী মচা ইবেম্মা, মহাকনা ঙাকচখি মহাক্কী স্বধর্ম্ম — মরমদুনা ঐখোইনা কামশনবিখি মঙোন্দা ঐখোইগী শক্তি — অমসুং মহাক মশামক্কা য়াজখি অচুম্বনি হায়না মহাক্কী মপুগী ৱাহৈশিংদু অমসুং মহাক্কী কিতাবশিংবু অমসুং (মহাক) ওইখি (অমা) হায়বা ইনবশিংগী মরক্তা।

وَمَرْيَمَ ابْنَتَ عِمْرٰنَ الَّتِيْٓ اَحْصَنَتْ فَرْجَهَا فَنَفَخْنَا فِيْهِ مِنْ رُّوْحِنَا وَصَدَّقَتْ بِكَلِمٰتِ رَبِّهَا وَكُتُبِهٖ وَكَانَتْ مِنَ الْقٰنِتِيْنَ ⑫



সূরহ ৬৭ অল-মুলক

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৩১ নি)

সিপারহ ২৯ ঃ তবারকল্লজী

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা নুংশিহৈবা।

২। য়াইফখোল লৈবনি মহাকদু — মহাক্কী মখুত্তা লৈ শাসন, অমসুং মহাক্তি শক্তি লৈবনি পোৎপুম্নমক্কী মথক্তা ;

تَبٰرَكَ الَّذِيْ بِيَدِهِ الْمُلْكُ وَهُوَ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ قَدِيْرُ ①

৩। মহাকনা নোংদমবিখি শিবা অমসুং হিংবা অদুনা মহাকনা চাং য়েংনবা (মী) নখোইবু — নখোই কনানা খ্বাইদগী হেন্না ফবা থবকশিং (লম্বীনব)দা। অদুগা মহাক্তি পাঙ্গলবনি, য়োনজ-কোকপিহৈবনি।

الَّذِيْ خَلَقَ الْمَوْتَ وَالْحَيٰوةَ لِيَبْلُوَكُمْ اَيُّكُمْ اَحْسَنُ عَمَلًا وَهُوَ الْعَزِيْزُ الْغَفُوْرُ ②

৪। মহাকনা শেম-শাবিখি স্বর্গ তরেৎ যুৎ চাননা। নংনা উরোই যুৎ চানদবা করিমতা থৌজালহৈবগী খুৎশেমদা। মরমদুনা নং (বিজ্ঞান মপুং ফারবা মতুংদা) অমুকহন্না য়েংউ (স্বর্গদা) : নং উৱা

الَّذِيْ خَلَقَ سَبْعَ سَمٰوٰتٍ طِبَاقًا مَا تَرٰى فِيْ خَلْقِ الرَّحْمٰنِ مِنْ تَفٰوُتٍ فَارْجِعِ الْبَصَرَ هَلْ

অশোয়বা অমতা (মহাক্কী খুৎশেমদা) ?

تَرٰى مِنْ فُطُوْرٍ۝

৫। অদুগী তুংদা (ঙহাক রাখল তৌদুনা কোয়লৈ-লৈদুনা) হন্না হন্না য়েংউ (অল্লাহগী লৈশেমনুংদা অমসুং থৌশীলদা অশোয়বা য়াওব্রা), নংগী মিৎয়েংদু হনজল্লক্কনি নশাদা ঈতন-তন্দুনা অমসুং চমস্নদুনা।

ثُمَّ ارْجِعِ الْبَصَرَ كَرَّتَيْنِ يَنْقَلِبْ اِلَيْكَ الْبَصَرُ خَاسِئًا وَّهُوَ حَسِيْرٌ۝

৬। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা লৈতেংবিখি মথা ইথং-থংবা স্বর্গবু থাওমৈশিংনা অমসুং ঐখোইনা ওইহনবিখি মখোইবু (পাম্বৈ) তাহোক্লবগী শৈতানশিংবু, অমসুং ঐখোইনা থৌরাং তৌবিখ্রে মখোইগীদমক মৈরি থোক্লা চাকপা থাম্বি মৈগী চৈরাক।

وَلَقَدْ زَيَّنَّا السَّمَآءَ الدُّنْيَا بِمَصَابِيْحَ وَجَعَلْنٰهَا رُجُوْمًا لِّلشَّيٰطِيْنِ وَاَعْتَدْنَا لَهُمْ عَذَابَ السَّعِيْرِ۝

৭। অদুগা অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা থাজদবা মখোইগী মপুবু — (মখোইগীদমক) তৈয়ারনি নরক্কী চৈরাক; অমসুং মদু ফত্তবা পন্থুংফমনি।

وَلِلَّذِيْنَ كَفَرُوْا بِرَبِّهِمْ عَذَابُ جَهَنَّمَ ؕ وَبِئْسَ الْمَصِيْرُ۝

৮। মখোইবু হুনজনবা মতমদা মদুগী মনুংদা, মখোইনা তাগনি মানা নিনখোংবা ফুং চাকখৎলকপদা (মখোইগা লোয়ননা),

اِذَآ اُلْقُوْا فِيْهَا سَمِعُوْا لَهَا شَهِيْقًا وَّهِيَ تَفُوْرُ۝

৯। মদু মৈপাল ফ্রং কাপ্তুনা পাইখৎকনি। (মখোই অনৌবা) কাওবু অমমম হুনজনবা মতম খুদিংদা মদুগী মনুংদা, মদু পান্নরিবশিংনা হংগনি মখোইদাঃ "লাকখিদব্রা নখোইদা চেকশন্নবা হায়বিবা মীশিং ?"

تَكَادُ تَمَيَّزُ مِنَ الْغَيْظِ ؕ كُلَّمَآ اُلْقِيَ فِيْهَا فَوْجٌ سَاَلَهُمْ خَزَنَتُهَآ اَلَمْ يَاْتِكُمْ نَذِيْرٌ۝

১০। মখোইনা পাওখুমগনিঃ "হোই, তশেংবমক লাকখি ঐখোইদা চেকশন্নবা হায়বিবা মী অমা, তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা য়াখিদে অমসুং হায়খিঃ "অল্লাহনা ফোংদোকপিখিদে করিগুম্বা অমতা; নং তশেংবা লৌনমজাওবনি।"

قَالُوْا بَلٰى قَدْ جَآءَنَا نَذِيْرٌ ۙ فَكَذَّبْنَا وَقُلْنَا مَا نَزَّلَ اللّٰهُ مِنْ شَيْءٍ ۖۚ اِنْ اَنْتُمْ اِلَّا فِيْ ضَلٰلٍ كَبِيْرٍ۝

১১। অদুগা মখোইনা হায়গনি (পিরাং পিরোয়ননা)ঃ "ঐখোইনা করিগুম্বা তারমলবদি (ধর্ম্ম পাওজেনশিং) নত্তগা (ঐখোইনা) জ্ঞান

وَقَالُوْا لَوْ كُنَّا نَسْمَعُ اَوْ نَعْقِلُ مَا كُنَّا فِيْٓ اَصْحٰبِ

السَّعِيۡرِ۝١١

তারমলবদি, ঐখোই য়াওরম্মোই ভুং-ভুং চাকপা খাম্বি মৈগী মরূপশিংগী মরক্তা।"

فَاعۡتَرَفُوۡا بِذَنۡۢبِهِمۡ ۚ فَسُحۡقًا لِّاَصۡحٰبِ السَّعِيۡرِ۝١١

১১। অসুম্না মখোইনা য়াগনি মখোইগী মপাপশিং; তৌইগুম্বসুং লাপখ্রগনি (অল্লাহগী থৌজালদগী) মৈরি থোক্লা চাকপা খাম্বি মৈগী মরূপশিংদি।

اِنَّ الَّذِيۡنَ يَخۡشَوۡنَ رَبَّهُمۡ بِالۡغَيۡبِ لَهُمۡ مَّغۡفِرَةٌ وَّاَجۡرٌ كَبِيۡرٌ۝١٢

১২। তশেংবমক, অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা কিজব, মখোইগী মপুবু অরোনবদা—মখোইগী-দমক্তি কোকপিবনি অমসুং অচৌবা মনা-মথিম্নি (পীবিগদৌরিবা)।

وَاَسِرُّوۡا قَوۡلَكُمۡ اَوِ اجۡهَرُوۡا بِهٖ ؕ اِنَّهٗ عَلِيۡمٌۢ بِذَاتِ الصُّدُوۡرِ۝١٣

১৩। অদুগা নখোইনা লোংশম্নবসু নখোইনা ঙাঙ-শকপদু নত্ত্রগা ফোংদোকলবসু মদু (অতোম্পদা, মসি চপ মান্নে অল্লাহদা)। তশেংবমক, মহাক্তি মুন্না খঙবনি (নখোইগী) থবাক মনুংদা লৈবা (পুম্নমক)।

اَلَا يَعۡلَمُ مَنۡ خَلَقَ ؕ وَهُوَ اللَّطِيۡفُ الۡخَبِيۡرُ۝١٤

১৪। মহাকনা শেম-শাখ্রগা (পোৎ পুম্নমক) খঙলরোইদ্রা (মখোইবু)? অদুগা মহাক্তি (য়াম্না) উশিনবনি অমসুং পুংখঙ-খঙবনি।

২ শুবা রুকূ

هُوَ الَّذِىۡ جَعَلَ لَـكُمُ الۡاَرۡضَ ذَلُوۡلًا فَامۡشُوۡا فِىۡ مَنَاكِبِهَا وَكُلُوۡا مِنۡ رِّزۡقِهٖ ؕ وَاِلَيۡهِ النُّشُوۡرُ۝١٥

১৫। মহাকননি শেম্বিখিবা পৃথিবীবু লৈতেম মান্নবা শীৎনান্না নখোইগীদমক্তা; মরমদুনা কোয়য়ু পাক-চাওবা মায়কৈ পুম্নমক্তা অমসুং চাও মহাক্কী চিঞ্জাকগী। অদুগা মঙোন্দনি (নখোই) হৌগৎকদবা (শিরবা মতুংদা)।

ءَاَمِنۡتُمۡ مَّنۡ فِى السَّمَآءِ اَنۡ يَّخۡسِفَ بِكُمُ الۡاَرۡضَ فَاِذَا هِىَ تَمُوۡرُ۝١٦

১৬। (হে লমযৈ-খোঙফম্নবশিং!) নখোই অকি-অখংকোকলব্রা স্বর্গদা লৈবা মঙোন্দগী মদুদি মহাকনা য়োংশনহনবিরোই নখোইবু পৃথিবী (গী গর্ভ)দা মানা থক-থক নীকলকপা মতমদা?

اَمۡ اَمِنۡتُمۡ مَّنۡ فِى السَّمَآءِ اَنۡ يُّرۡسِلَ عَلَيۡكُمۡ حَاصِبًا ؕ

১৭। নখোই অকি-অখং কোকলব্রা স্বর্গদা লৈবা মঙোন্দগী মদুদি মহাকনা থাবিরকলোই নখোইদা (লৈমায় য়াহিপ্পরবা লৈঙোই অমসুং নুংকুপশিং ফাওবা খোন্দুনা শিৎপা) অকনবা নোংলৈ-

فَسَتَعْلَمُونَ كَيْفَ نَذِيرِ ⑰

নুংশিৎ অমা ? মতমদুদা নখোইনা খঙগনি কয়াদা (অকিবগী মশক ওইখ্রবা) ঐগী চেকশনহন্নবগী-দমক তৌখিবা পাওমেন্দু।

وَلَقَدْ كَذَّبَ الَّذِينَ مِن قَبْلِهِمْ فَكَيْفَ كَانَ نَكِيرِ ⑱

১৯। অদুগা তশেংবমক মখোইগী মমাংদা লৈরম্বশিং(নসু) য়াখিদে (ঐগী রসুলশিংবু) মীনম্বশিংনি হায়জিন্দুনা; মতমদুদা (য়েংউ!) কয়াদা অরাবগী মশক ওইখিবা ঐগী চৈরাক (থাবিখিবদু মখোইদা)!

أَوَلَمْ يَرَوْا إِلَى الطَّيْرِ فَوْقَهُمْ صَافَّاتٍ وَيَقْبِضْنَ مَا يُمْسِكُهُنَّ إِلَّا الرَّحْمَٰنُ إِنَّهُ بِكُلِّ شَيْءٍ بَصِيرٌ ⑲

২০। উদব্রা মখোইনা চেকলা উচেকশিং (কোয়না পাইবা) মখোইগী মথক্তা, মশাশিং শন্দোক্তুনা (খপদি-খপ্তুনা) অমসুং থুপচন্দুনা (খংপাই-পাইথরকপদা শারাকপগী) ? কনামতনা ঙাকখৎ-শৌগৎপিদে মখোইবু থৌজালবিহেবা (মপু) নত্তনা। তশেংবমক, মহাক্তি চপচানা য়েংশন-খোৎচনবনি পোৎ পুম্নমক।

أَمَّنْ هَٰذَا الَّذِي هُوَ جُندٌ لَّكُمْ يَنصُرُكُم مِّن دُونِ الرَّحْمَٰنِ إِنِ الْكَافِرُونَ إِلَّا فِي غُرُورٍ ⑳

২১। নত্তগা কনা লৈবগে নখোইগীদমক তেঙ্গোল ওইবিদুনা তেংবাংবিগদবা নখোইবু থৌজাল-বিহেবা (মপু) নত্তনা? লমফে-খোঙফম্নবশিংদি লৌনম্বাঙাকনি।

أَمَّنْ هَٰذَا الَّذِي يَرْزُقُكُمْ إِنْ أَمْسَكَ رِزْقَهُ بَل لَّجُّوا فِي عُتُوٍّ وَنُفُورٍ ㉑

২২। নত্তগা কনা লৈবগে চিঞ্জাক পীগদবা নখোইবু, মহাকনা থিংখ্রবদা মহাক্কী চিঞ্জাক? নত্তে, মখোই হায়ন-তানবা য়াদনা অনম কল্লি লমহেনবদা অমসুং পামদবদা (অচুম্বা পাওজেন)।

أَفَمَن يَمْشِي مُكِبًّا عَلَىٰ وَجْهِهِ أَهْدَىٰ أَمَّن يَمْشِي سَوِيًّا عَلَىٰ صِرَاطٍ مُّسْتَقِيمٍ ㉒

২৩। করি! মমায় উপ্লা চৎপা মহাকনা হেনব্রা লমজিং ফংবদা নত্তগা অচুম্বা লম্বীদা চপ যুংনা চৎপা মহাকনা (হেনব্রা)?

قُلْ هُوَ الَّذِي أَنشَأَكُمْ وَجَعَلَ لَكُمُ السَّمْعَ وَالْأَبْصَارَ وَالْأَفْئِدَةَ قَلِيلًا مَّا تَشْكُرُونَ ㉓

২৪। হায়য়ু (মখোইদা,): "মহাকননি পুথোকপিখিবা নখোইবু জীব ওইনা, অমসুং শেম্বিখি নখোইগী (তানবগী) নকোংশিং অমসুং (উনবগী) মিৎশিং অমসুং (খঙনবগী থম্মোইশিং; (তৌইগুম্বসুং) নখোই তৌবিমল খঙবা য়াম্না রাৎলি।"

২৫। (অমুকহন্না) হায়য়ু ঃ "মহাকননি মশিং হেনগৎহনবিখিবা নখোইবু পৃথিবীদা অমসুং মঙোন্দনি নখোইবু খোমজনবিগদৌরিবা।"

قُلْ هُوَ الَّذِي ذَرَأَكُمْ فِي الْأَرْضِ وَإِلَيْهِ تُحْشَرُونَ ۝

২৬। অদুগা মখোইনা হায়ঃ "করম্বা মতমদা রাশক অসি পুরা তৌগদৌরি (হায়য়ু ঐখোইদা) নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।

وَيَقُولُونَ مَتَىٰ هَٰذَا الْوَعْدُ إِن كُنتُمْ صَادِقِينَ ۝

২৭। হায়য়ু (নংনা পাওখুম্বদা মখোইদা)ঃ "মসিগী জ্ঞানদি অল্লাহ(ত)দা লৈবনি, অমসুং ঐদি ইচম-চম্না চেকশনহন্নবগী পাওমেনবা মীনি।"

قُلْ إِنَّمَا الْعِلْمُ عِندَ اللَّهِ وَإِنَّمَا أَنَا نَذِيرٌ مُّبِينٌ ۝

২৮। তৌইগুম্বসুং মখোইনা উরবদা (রাশক) অদু নকশল্লকপা, অচুম্বা থাজদবশিংগী চেংলৌ মশকফম অরা-মৈখু লাংগনি, অমসুং অসি হায়বিগনি (মখোইদা)ঃ "মসিনি নখোইনা নশিঙ্গাং ওইনা হংলম্বদু।"

فَلَمَّا رَأَوْهُ زُلْفَةً سِيئَتْ وُجُوهُ الَّذِينَ كَفَرُوا وَقِيلَ هَٰذَا الَّذِي كُنتُم بِهِ تَدَّعُونَ ۝

২৯। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "করি রাখল খল্লি নখোই? অল্লাহনা মাঙহনবিরবদি ঐবু অমসুং ঐগা লোয়নবা মখোইদু নত্রগা থৌজালবিরবদি ঐখোইগী ইথক্তা, কনানা ঙাক-শেনবিগনি লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক্তগী?"

قُلْ أَرَأَيْتُمْ إِنْ أَهْلَكَنِيَ اللَّهُ وَمَن مَّعِيَ أَوْ رَحِمَنَا فَمَن يُجِيرُ الْكَافِرِينَ مِنْ عَذَابٍ أَلِيمٍ ۝

৩০। হায়য়ু (অমুকহন্না)ঃ "মহাক্তি থৌজাল-বিহৈবনি — ঐখোইনা থাজে মহাকপু অমসুং মঙোন্দা ঐখোইনা আশা তৌজে। মরমদুনা নখোই থুনমক খঙলগনি কনানা তশেংনা লমফৈ-খোঙফম্নবা।"

قُلْ هُوَ الرَّحْمَٰنُ آمَنَّا بِهِ وَعَلَيْهِ تَوَكَّلْنَا ۖ فَسَتَعْلَمُونَ مَنْ هُوَ فِي ضَلَالٍ مُّبِينٍ ۝

৩১। হায়য়ু (অমুকহন্না)ঃ "করি রাখল খল্লি নখোই? নখোইগী (শীজন্ননবা) ঈশিং (লোয়নমক) কংথ্রবদি (লৈনুং গর্ভদা) হয়েং ইনুং ঙাল্লকপদা, কনানা পুবিরক্কনি নখোইদা ঈচেল নাইবা ঈশিং?

قُلْ أَرَأَيْتُمْ إِنْ أَصْبَحَ مَاؤُكُمْ غَوْرًا فَمَن يَأْتِيكُم بِمَاءٍ مَّعِينٍ ۝

سُوْرَةُ الْقَلَمِ مَكِّيَّةٌ (٦٨)



(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৫৩ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

نٓ وَ الْقَلَمِ وَمَا يَسْطُرُوْنَ

২। (কসমনি) মুকফু মখোঙগী অমসুং কসমনি কলমগী অমসুং মদুনা মখোইনা ইবগী।

مَآ اَنْتَ بِنِعْمَةِ رَبِّكَ بِمَجْنُوْنٍ

৩। নংগী মপুগী থৌজালনা নং নত্তে অঙাওবা মী।

وَاِنَّ لَكَ لَاَجْرًا غَيْرَ مَمْنُوْنٍ

৪। অদুগা তশেংবমক নংগী মনা-মথিন্দি কদৌঙেদসু লোম্বা নাইরোই;

وَاِنَّكَ لَعَلٰى خُلُقٍ عَظِيْمٍ

৫। অমসুং নংগী লীচৎ-শাজৎতি খ্বাইদগী হেন্না অফবনি (জগৎকী ফিদমনিঙঙাইহনি)।

فَسَتُبْصِرُ وَيُبْصِرُوْنَ

৬। মরমদুনা নং থুনমক উরগনি অমসুং মখোই(সু) উরগনি,

بِاَيِّكُمُ الْمَفْتُوْنُ

৭। নখোই কনানা শোকচং-ঙাওজংনবা (অমসুং য়াথং ব্রাপে হায়বা)।

اِنَّ رَبَّكَ هُوَ اَعْلَمُ بِمَنْ ضَلَّ عَنْ سَبِيْلِهٖ وَهُوَ اَعْلَمُ بِالْمُهْتَدِيْنَ

৮। তশেংবমক নংগী মপুনা মুন্না খঙই কনানা সম্মুক্লবা মহাক্কী লম্বীদগী, অমসুং মহাকনা মুন্না খঙই লমজিং থোঙফম্নবশিংসু(সু)।

فَلَا تُطِعِ الْمُكَذِّبِيْنَ

৯। মরমদুনা হায়বা ইনগনু অচুম্বা য়াদবশিংগী।

وَدُّوْا لَوْ تُدْهِنُ فَيُدْهِنُوْنَ

১০। মখোইনা পামই নংনা খরা কোমথোকপা মখোইদা অমসুং মখোই(সু) খরা কোমথোকপা নংঙোন্দা।

وَلَا تُطِعْ كُلَّ حَلَّافٍ مَّهِيْنٍ

১১। অদুগা নং য়াথং ইনগনু মীচোপ ব্রাশক্কনবা কনামতগী,

هَمَّازٍ مَّشَّآءٍۭ بِنَمِيْمٍ

১২। তুংদা মীহুনবা, কোয়না চত্তুনা চুমদনা মীগী মিংচৎ থীহনবগী,

مَّنَّاعٍ لِّلْخَيْرِ مُعْتَدٍ اَثِيْمٍ

১৩। অফবা খোঙ্গাউনবা, লমকেৎ-লমহাইবা পাপীগী,

১৪। থকশি খাশি নাইদবা—মদুগী মথক্তা — নিয়ম চুম্না পোক্তবগী,

عُتُلٍّ بَعْدَ ذَٰلِكَ زَنِيمٍ

১৫। অসিগুম্বা মীওই মরন-মথুম অমসুং মচা-মশু (য়াম্না) লৈরবসু।

أَن كَانَ ذَا مَالٍ وَبَنِينَ

১৬। ঐখোইগী পাওজেনশিং মঙোন্দা থীথদুনা তাহনবদা, মহাকনা হায়ঃ "ব্লারী শিংবুন্নি মমাংঙৈদা লৈরম্বা (মী)শিংগী।"

إِذَا تُتْلَىٰ عَلَيْهِ آيَاتُنَا قَالَ أَسَاطِيرُ الْأَوَّلِينَ

১৭। ঐখোইনা থুনমক দাগ থাবিগনি মহাক্কী মনাতোন্দা (মহাকপু চোপহনবগী)।

سَنَسِمُهُ عَلَى الْخُرْطُومِ

১৮। ঐখোইনা শোয়দনমক চাং য়েংবিগনি মখোইবু ঐখোইনা (মমাংঙৈদা) চাং য়েংখিবগুম্না বাগান মপুশিংবু, মখোইনা ব্লাশকখিবদা মদুদি মখোইনা হেক্কনি মদুগী উহৈশিং ইনুং ঙাম্লকপদা;

إِنَّا بَلَوْنَاهُمْ كَمَا بَلَوْنَا أَصْحَابَ الْجَنَّةِ إِذْ أَقْسَمُوا لَيَصْرِمُنَّهَا مُصْبِحِينَ

১৯। অমসুং মখোইনা করিসু কায়থোকখিদে (লাইরবশিংগীদমক্তা, অমসুং হায়খিদেঃ অল্লাহনা চানবিরবদি')।

وَلَا يَسْتَثْنُونَ

২০। মরমদুনা অব্লাবা।দশা অমা নংগী মপুদগী লাকখি মদুদা, (লম মপুশিং) মখোইনা (অহিং) তুমখুন তাম্লিঙৈদা।

فَطَافَ عَلَيْهَا طَائِفٌ مِّن رَّبِّكَ وَهُمْ نَائِمُونَ

২১। মদুগী মরম্না ইনুং ঙাম্লকপদা মদু ওইখি মহৈ-মরোং লোকথোকখ্রবগুম (অহিং তাংলৌদা)।

فَأَصْبَحَتْ كَالصَّرِيمِ

২২। তৌইগুম্বসুং মখোই মহৈ-মহৈ কৌনখি নোং ঙান্থোরকখিবদা,

فَتَنَادَوْا مُصْبِحِينَ

২৩। (অসি হায়দুনাঃ) "চৎলো অয়ুক ঙন্না নখোইগী লৌফমদা, নখোইনা (মহৈ-মরোং) হেক্কে হায়রবদি।"

أَنِ اغْدُوا عَلَىٰ حَرْثِكُمْ إِن كُنتُمْ صَارِمِينَ

২৪। মরমদুনা মখোই (থুনা য়াংনা) চৎলম্মী অমসুং তুমিন-তুমিন্না ঙাঙনরম্মী,

فَانْطَلَقُوْا وَهُمْ يَتَخَافَتُوْنَ ۝

২৫। "ঙসিদি লাইর-চুখবা কনা অমতা চঙহল্লোইসি (লৌফম) অসিদা।"

اَنْ لَّا يَدْخُلَنَّهَا الْيَوْمَ عَلَيْكُمْ مِّسْكِيْنٌ ۝

২৬। অদুগা মখোই চৎখি অয়ুক ঙন্তাদা চপযুংনা মপুকনিং লেপ্তুনা (লাইরবা কনামতবু চঙহন্দনবা মখোইগী লৌব্রক্তা)।

وَّغَدَوْا عَلٰى حَرْدٍ قٰدِرِيْنَ ۝

২৭। তেইগুম্বসুং মখোইনা উরবদা (বাগান) অদু (দা হৌবা পাম্বীশিং নম্না তাহৎলম্বা অমসুং উহৈশিং ইকোক-কোকপা), মখোইনা হায়খি: "তশেংবমক, ঐখোই লম্বী লানখ্রে!

فَلَمَّا رَاَوْهَا قَالُوْۤا اِنَّا لَضَاۤلُّوْنَ ۝

২৮। (মখোইনা খঙলকপদা মদু মখোইগী বাগান্নি হায়বা, মখোইনা লাউখি:) "নত্তে, ঐখোইগী (অনোম্মল) করিসু লৈহনবিদ্রে।"

بَلْ نَحْنُ مَحْرُوْمُوْنَ ۝

২৯। মখোইগী মরক্তা খরা ফবা অমনা হায়খি: "ঐনা হায়খিদব্রা নখোইদা—করি মরমগী নখোইনা থাগত্তবগে (অল্লাহবু)?"

قَالَ اَوْسَطُهُمْ اَلَمْ اَقُلْ لَّكُمْ لَوْلَا تُسَبِّحُوْنَ ۝

৩০। (মদুগী মথক্তা) মখোইনা হায়খি: "থাগৎচরি ঐখোইগী মপুবু! তশেংবমক, ঐখোই অরানবা লম্বীনবশিংনি।"

قَالُوْا سُبْحٰنَ رَبِّنَاۤ اِنَّا كُنَّا ظٰلِمِيْنَ ۝

৩১। অদুগী তুংদা মখোই খরা ওনশন্নদুনা চীন্দান্নখি, অমগা অমগা দোশ তৌনদুনা।

فَاَقْبَلَ بَعْضُهُمْ عَلٰى بَعْضٍ يَّتَلَاوَمُوْنَ ۝

৩২। মখোইনা হায়খি: "আঃ ওথোকপনিদা! ঐখোই তশেংনা কা হেন্দোকপশিংনি।

قَالُوْا يٰوَيْلَنَاۤ اِنَّا كُنَّا طٰغِيْنَ ۝

৩৩। "ঐখোইগী মপুনা পীবিবা য়াই ঐখোইদা মসিদগী হেন্না ফবা (বাগান) অমা ঐখোইনা তশেংনা হায়জরি ঐখোইগী মপুদা (ঙাকপিনবা ঐখোইগী অয়োন-অরান)।"

عَسٰى رَبُّنَاۤ اَنْ يُّبْدِلَنَا خَيْرًا مِّنْهَاۤ اِنَّاۤ اِلٰى رَبِّنَا رٰغِبُوْنَ ۝

كَذٰلِكَ الْعَذَابُ ۖ وَلَعَذَابُ الْاٰخِرَةِ اَكْبَرُ ۘ لَوْ كَانُوْا يَعْلَمُوْنَ ۝

৩৪। অসিগুম্বনি (সংসারগী) রায়েল-চৈরাক। তৌইগুম্বসুং শিরবা মতুংগী পুন্সিগী রায়েল-চৈরাকনা চাওবা হেল্লি, মখোইনা করিগুম্বা খঙলমলবদি।

২ শুবা রুকূ

اِنَّ لِلْمُتَّقِيْنَ عِنْدَ رَبِّهِمْ جَنّٰتِ النَّعِيْمِ ۝

৩৫। তশেংবমক, ধর্ম্ম ফম্বৈনবশিংগীদমক্তি লৈথোইদোক্লা নুংঙাইখ্রবা স্বর্গ লৈকোনশিং মখোইগী মপুগী মনাক্তা।

اَفَنَجْعَلُ الْمُسْلِمِيْنَ كَالْمُجْرِمِيْنَ ۝

৩৬। ঐখোইনা তৌবিগদ্রা রায়েল-য়াথং য়াবশিংবু (ঐখোইনা তৌবিবগুম্না) মরাল লৈরবশিংবু ?

مَا لَكُمْ ۫ كَيْفَ تَحْكُمُوْنَ ۝

৩৭। করিনো নখোইনা তৌরিবসিবু ? করম্না নখোই রা লেপ্পগে ?

اَمْ لَكُمْ كِتٰبٌ فِيْهِ تَدْرُسُوْنَ ۝

৩৮। নত্রগা নখোইগী লৈব্রা (স্বর্গগী) কিতাব অমা পানবা—

اِنَّ لَكُمْ فِيْهِ لَمَا تَخَيَّرُوْنَ ۝

৩৯। মদুনা ফংগনি হায়ব্রা নখোইনা অপাম্বাপুম্বা ?

اَمْ لَكُمْ اَيْمَانٌ عَلَيْنَا بَالِغَةٌ اِلٰى يَوْمِ الْقِيٰمَةِ ۙ اِنَّ لَكُمْ لَمَا تَحْكُمُوْنَ ۝

৪০। নত্রগা নখোইনা লৈরব্রা করিগুম্বা করার অমা শিবদগী অমুক হিংগৎহনবা নুমিৎ ফাওবগী মদুদি নখোই শোয়দনমক ফংলগনি নখোইনা (পোৎশক) লেপ্পাপুম্বা ?

سَلْهُمْ اَيُّهُمْ بِذٰلِكَ زَعِيْمٌ ۝

৪১। হংঙু মখোইদা মখোই কনানা জামিন ওইগনি মদুগীদমক,

اَمْ لَهُمْ شُرَكَآءُ ۚ فَلْيَأْتُوْا بِشُرَكَآئِهِمْ اِنْ كَانُوْا صٰدِقِيْنَ ۝

৪২। নত্রগা মখোইগী লৈরব্রা কনাগুম্বা 'শরুক য়ামিন্নবা'(অল্লাহগী) ? অদু ওইরবদি, মখোই পুথোকচরকসনু মখোইগী 'শরুক য়ামিন্নবশিংদু,' মখোইনা অচুম্বা ঙাঙলবদি।

৪৩। কোরৌ নুমিৎ অদুদা অচুম্বা ফোংদোক্লবদা অমসুং মখোইবু কৌরবদা খুরু খুদক কুন্দুনা খুরুমনবগী (অল্লাহবু), মখোই ঙমলোই মদু তৌবা;

يَوْمَ يُكْشَفُ عَنْ سَاقٍ وَيُدْعَوْنَ إِلَى السُّجُودِ فَلَا يَسْتَطِيعُونَ

৪৪। মখোইগী মমিৎশিং লুকথগনি, ঈকাইবনা পুমকুপ কুপশনগনি মখোইবু (অমসুং মখোই ঙমলোই মমায়শিং উৎপা): মরমদি মখোইবু তশেংনা কৌখি খুরু খুদক কুন্দুনা খুরুমনবগী (অল্লাহবু), মখোই খুদোংথীনঙাই ওইদরিঙৈদা (তৌইগুম্বসুং মখোই হায়বা ইনখিদে)

خَاشِعَةً أَبْصَارُهُمْ تَرْهَقُهُمْ ذِلَّةٌ ۖ وَقَدْ كَانُوا يُدْعَوْنَ إِلَى السُّجُودِ وَهُمْ سَالِمُونَ

৪৫। মরমদুনা থাদোকও ঐবুতা মখোই য়াদবশিংদুদা (ঐখোইগী) ৱাপাও অসিদা। ঐখোইনা চিংশনবিগনি মখোইবু অসুম অসুম (মাঙ-তাকহনবগী মফমদা, লমদোম ওইবা লম্বীদা), মদু (করিনা অসুং মরম কৈদগী থোকখিবা) মখোই ইখঙ-খঙলোই।

فَذَرْنِي وَمَنْ يُكَذِّبُ بِهَٰذَا الْحَدِيثِ ۖ سَنَسْتَدْرِجُهُمْ مِنْ حَيْثُ لَا يَعْلَمُونَ

৪৬। অদুগা ঐনা মতম য়ৈথোকপি মখোইদা; তশেংবমক ঐগী (লাম্থোং শীনবগী) থৌরাংদি অকনবনি।

وَأُمْلِي لَهُمْ ۚ إِنَّ كَيْدِي مَتِينٌ

৪৭। নত্রগা নংনা পীযু হায়ব্রা মখোইদগী মনা-মথিন খরা (নংনা ধর্ম্ম পাওতাকপগী), অদুনা মখোই পুখরব্রা শেন্দোন-লন্দোন্দা?

أَمْ تَسْأَلُهُمْ أَجْرًا فَهُمْ مِنْ مَغْرَمٍ مُثْقَلُونَ

৪৮। নত্রগা মখোইনা পায়রিব্রা উদ-খঙদবা (গী পাওশিং তুংদা থোকলগদবা রাশিংগী) অদুনা মখোইনা ইথোকপ্রা?

أَمْ عِنْدَهُمُ الْغَيْبُ فَهُمْ يَكْتُبُونَ

৪৯। মরমদুনা নং খাংহৈনা ঙাইয়ু নংগী মপুগী হুকুম অমসুং ওইগনু লেমলৈ ঙাগী (খায়াৎ চনখিবা) মীগুম, মহাকনা (পাখৎ-অনীক্লবা খোনফম্না) কৌজখি (মহাক্কী মপুবু) অমসুং মহাক অৱাবা খুদোংথীবা থেংনখি।

فَاصْبِرْ لِحُكْمِ رَبِّكَ وَلَا تَكُنْ كَصَاحِبِ الْحُوتِ إِذْ نَادَىٰ وَهُوَ مَكْظُومٌ

لَوْلَآ اَنْ تَدٰرَكَهٗ نِعْمَةٌ مِّنْ رَّبِّهٖ لَنُبِذَ بِالْعَرَآءِ وَهُوَ مَذْمُوْمٌ ۝

৫০। করিগুম্বা মহাকনা ফংলমদ্রবদি মহাক্কী মপুগী থৌজাল, মহাকপু শোয়দনমক (য়াখোঙ লোম্লমগনি সমুদ্রগী ওঁ হিংচাবশিংনা নত্তগা) মহাকপু শোয়দনমক লংখৎপিরমগনি ইহাং-হাংবা (সমুদ্র খোঙবান মরুম-মরাং লৈতবা) লমদা অমসুং মহাক ওইরমগনি দাহি পীবদা মতিকচারবা (মহাক্কী মীশিংনা)।

فَاجْتَبٰهُ رَبُّهٗ فَجَعَلَهٗ مِنَ الصّٰلِحِيْنَ ۝

৫১। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মপুনা খনবিখি মহাকপু (কোলোয় মমিং চাওনা চেংলৌ মশক ওইহন্ন বগী) অমসুং ওইহনবিখি মহাকপু (অমা) ধর্ম্ম লৈবশিংগী।

وَاِنْ يَّكَادُ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا لَيُزْلِقُوْنَكَ بِاَبْصَارِهِمْ لَمَّا سَمِعُوا الذِّكْرَ وَيَقُوْلُوْنَ اِنَّهٗ لَمَجْنُوْنٌ ۝

৫২। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা হরাওনা তাথোকপিনীংই নংবু (নংগী নবী খুবমদগী) মখোইগী (অশাউবা অসুং য়েংথীবা) মিৎয়েং-শিংনা মখোইনা হেক তাবা মতমদা (নচীন্দগী) নীংশিঙহল্লিবা পোৎ অমসুং মখোইনা হায়ঃ "মহাক তশেংনা ঙাওরে।"

وَمَا هُوَ اِلَّا ذِكْرٌ لِّلْعٰلَمِيْنَ ۝

৫৩। মদু নত্তে, মসি করিমতা নত্তে নীংশিঙহল্লিবা পোৎ অমা নত্তনা তাইবঙ মীওইবা পুম্নমক্কী।

سُوْرَةُ الْحَاقَّةِ مَكِّيَّةٌ (٦٩)

অল-হাক্কহ সূরহ ৬৯

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৫৩ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী ·মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ﴿۰﴾

২। শোয়দনা থোকলরগদবা!

اَلْحَآقَّةُ ﴿۱﴾

৩। করিনো শোয়দনা থোকলরগদবা হায়বদি ?

مَا الْحَآقَّةُ ﴿۲﴾

৪। অদুগা করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু করিনো শোয়দনা থোকলরগদবা হায়বদি ?

وَمَآ اَدْرٰىكَ مَا الْحَآقَّةُ ﴿۳﴾

৫। সমুদ অমসুং আদনা য়াখিদে থক-থক নীক্পা কিহনবা (নুমিৎ)পু মীনম্বনি হায়জিন্দুনা।

كَذَّبَتْ ثَمُوْدُ وَعَادٌۢ بِالْقَارِعَةِ ﴿۴﴾

৬। মরমদুনা সমুদশিং — মখোইবু মাঙ-তাক-হনবিখি অকনবা পোকখায়হনবা অমনা।

فَاَمَّا ثَمُوْدُ فَاُهْلِكُوْا بِالطَّاغِيَةِ ﴿۵﴾

৭। অমসুং আদশিং — মখোইবু মাঙতাক-হনবিখি অকিবগী মশক ওইবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমনা,

وَاَمَّا عَادٌ فَاُهْلِكُوْا بِرِيْحٍ صَرْصَرٍ عَاتِيَةٍ ﴿۶﴾

৮। মদু (অল্লাহনা) শিৎহনবিখি মখোইগী মথক্তা অহিং তরেৎ অমসুং নুংথিল নিপান চুপ্পা, অদুনা নংনা উরমগনি মদুদা লৈরম্বা মীশিং য়েহৎ-য়েহত্তুনা লৈমায় য়াহিপ্লবা, খজুর পাম্বীশিং শাংনা হাইথদুনা তাবগুম।

سَخَّرَهَا عَلَيْهِمْ سَبْعَ لَيَالٍ وَّثَمٰنِيَةَ اَيَّامٍ حُسُوْمًا فَتَرَى الْقَوْمَ فِيْهَا صَرْعٰى كَاَنَّهُمْ اَعْجَازُ نَخْلٍ خَاوِيَةٍ ﴿۷﴾

৯। নং উব্রা মখোইগী করিগুম্বা লেমহৌবা মখাকশিং ?

فَهَلْ تَرٰى لَهُمْ مِّنْۢ بَاقِيَةٍ ﴿۸﴾

১০। অদুগা ফিরঔন অমসুং মহাক্কী মমাংদা লৈরম্বা মখোইদু, অমসুং মথক মখা ওন্থোকপিশ্লবা শহরশিং (অনম কন্দুনা) পাপ লম্বীনখি ;

وَجَآءَ فِرْعَوْنُ وَمَنْ قَبْلَهٗ وَالْمُؤْتَفِكٰتُ بِالْخَاطِئَةِ ﴿۹﴾

১১। অমসুং মখোইনা য়াথং ইনখিদে মখোইগী মপুগী রসুলশিংগী, মরদুনা মহাকনা ফাজনবিখি মখোইবু — শাথীবা খুৎফানা।

فَعَصَوْا رَسُوْلَ رَبِّهِمْ فَاَخَذَهُمْ اَخْذَةً رَّابِيَةً ﴿۱۰﴾

১২। তশেংবমক, (নুহগী ঈচাওগী) ঈশিং ঈহৌরকখিবা মতমদা, ঐখোইনা পুবিখি নখোই (গী নপা নপুশিং)বু ব্লাকয়ে হীজাওদা:

إِنَّا لَمَّا طَغَا الْمَاءُ حَمَلْنَاكُمْ فِي الْجَارِيَةِ ﴿١١﴾

১৩। অদুনা ঐখোইনা ওইহনবিনবা মদু নীংশিঙনবা (খুদম) অমা নখোইগীদমক, অমসুং (ব্লারী অদু মুন্না) তাহৌবা নাকোংশিংনা (মপুকনিংদা নীংশিঙদুনা) থম্নবা মদু।

لِنَجْعَلَهَا لَكُمْ تَذْكِرَةً وَتَعِيَهَا أُذُنٌ وَاعِيَةٌ ﴿١٢﴾

১৪। পেরে শিঙ্গা অমুক্তং খোঙলকপা মতম অদুদা,

فَإِذَا نُفِخَ فِي الصُّورِ نَفْخَةٌ وَاحِدَةٌ ﴿١٣﴾

১৫। পৃথিবী অমসুং চীংজাওশিং লপত্রেনগনি অমসুং মচেৎ-মচেৎ নীংখায়গনি অমুক্তং বোং লাউনা কায়দুনা—

وَحُمِلَتِ الْأَرْضُ وَالْجِبَالُ فَدُكَّتَا دَكَّةً وَاحِدَةً ﴿١٤﴾

১৬। নুমিৎ অদুদা (নাথোকপা য়াদ্রবা) থৌদোক অদু লাক্কনি,

فَيَوْمَئِذٍ وَقَعَتِ الْوَاقِعَةُ ﴿١٥﴾

১৭। অমসুং স্বর্গ মচেৎ মচেৎ কায়গনি অমসুং মসি মপাঙ্গল করিসু লৈরোয় নুমিৎ অদুদা,

وَانْشَقَّتِ السَّمَاءُ فَهِيَ يَوْمَئِذٍ وَاهِيَةٌ ﴿١٦﴾

১৮। অসমুং স্বর্গ দুতশিং লৈগনি মদুগী নাকলশিংদা (চাইথোক্লুনা) অমসুং মখোই (হৌজিক লৈরিবশিং) গী মথক্তা (হাপচিন্দুনা) নিপান্না পুগনি (লেংথোং) নংগী মপুগী ফম্বাল।

وَالْمَلَكُ عَلَىٰ أَرْجَائِهَا ۚ وَيَحْمِلُ عَرْشَ رَبِّكَ فَوْقَهُمْ يَوْمَئِذٍ ثَمَانِيَةٌ ﴿١٧﴾

১৯। নুমিৎ অদুদা নখোইবু পুথোকপিগনি (অল্লাহগী রায়েল ফম্বে মমাংদা); নখোইগী অরোনবা (থবক)অমত্তা লোৎশনবিরোই।

يَوْمَئِذٍ تُعْرَضُونَ لَا تَخْفَىٰ مِنْكُمْ خَافِيَةٌ ﴿١٨﴾

২০। মরমদুনা মহাক্কী (পুন্সিগী থবকশিং ইশনবা) রিকোর্ড পীবিরবদা মখুৎ য়েৎথংবদা, মহাক (নুংঙাইবা শরুক্কুদু)না হায়গনি (মহাক্কী মরূপশিংদা) ঃ "য়েংউ! ঐগী রিকোর্ড অসিদুম পাজৌসে;

فَأَمَّا مَنْ أُوتِيَ كِتَابَهُ بِيَمِينِهِ فَيَقُولُ هَاؤُمُ اقْرَءُوا كِتَابِيَهْ ﴿١٩﴾

২১। "তশেংবমক, ঐনা খঙলম্মী ঐনা ফংগনি (নুমিৎ অদুদা) ঐগী রিকোর্ড।"

إِنِّي ظَنَنْتُ أَنِّي مُلَاقٍ حِسَابِيَهْ ﴿٢٠﴾

২২। মরমদুনা মহাক খোঙফম্মগনি নুংঙাইবা পুন্সি অমা,

فَهُوَ فِي عِيشَةٍ رَّاضِيَةٍ ۝

২৩। অরাংবা (মহলশিং লৈবা) হৈকোন-লৈকোন্দা,

فِي جَنَّةٍ عَالِيَةٍ ۝

২৪। মদুগী উহৈশিং য়াংথগনি লাম্বা ফংনা।

قُطُوفُهَا دَانِيَةٌ ۝

২৫। (মদুগী মনুংদা লৈবা ধর্ম্ম কায়দবশিংদা হায়বিগনিঃ) "চাও অমসুং থকও হরাওনা (নপুকনিং পেন্না) নখোইনা তৌখিবা (অফবা থবকশিং)গী হৌখ্রবা নুমিৎশিংদা।"

كُلُوا وَاشْرَبُوا هَنِيئًا بِمَا أَسْلَفْتُمْ فِي الْأَيَّامِ الْخَالِيَةِ ۝

২৬। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী (হিসাবকী) রিকোর্ড পীবিরবদা মখুৎ ওইথংবদা, মহাক (অরা মৈখু লাংদু)না হায়গনিঃ "আঃ ঐবু পীবিরমদ্রবদি ঐগী (হিসাবকী) রিকোর্ডসি!

وَأَمَّا مَنْ أُوتِيَ كِتَابَهُ بِشِمَالِهِ فَيَقُولُ يَا لَيْتَنِي لَمْ أُوتَ كِتَابِيَهْ ۝

২৭। "নত্রগা ঐনা খঙজরমদ্রবদি ঐগী হিসাব করিনো হায়বা!

وَلَمْ أَدْرِ مَا حِسَابِيَهْ ۝

২৮। "আঃ (শিবনা) ঐগী অরোয়বা ওইহন-বিরমলবদিকো!

يَا لَيْتَهَا كَانَتِ الْقَاضِيَةَ ۝

২৯। "(ঙসি) ঐগী লন-থুমনা করিসু কান্নবা ওইদ্রে ঐঙোন্দা;

مَا أَغْنَىٰ عَنِّي مَالِيَهْ ۝

৩০। "ঐগী শক্তি (অমসুং বেদ-মন্ত্র পুম্নমক) চৎখ্রে ঐঙোন্দগী।"

هَلَكَ عَنِّي سُلْطَانِيَهْ ۝

৩১। (স্বর্গ দূতশিং নরক পান্নরিবদা য়াথংনবিগনিঃ) "ফাও মহাকপু অমসুং য়োৎহিং ফলাং চল্লু মহাকপু,

خُذُوهُ فَغُلُّوهُ ۝

৩২। "অদুগী তুংদা হনজল্লু মহাকপু ডুং-ডুং চাকপা নরক কোমদা,

ثُمَّ الْجَحِيمَ صَلُّوهُ ۝

৩৩। "অদুগী তুংদা পুনশল্লু মহাকপু জিঞ্জুর খুদুপ হুমফুতরা শাংবনা।

ثُمَّ فِي سِلْسِلَةٍ ذَرْعُهَا سَبْعُونَ ذِرَاعًا فَاسْلُكُوهُ ۝

৩৪। "তশেংবমক মহাকনা থাজরমদে অল্লাহ (মতিক) অচৌববু,

إِنَّهُ كَانَ لَا يُؤْمِنُ بِاللَّهِ الْعَظِيمِ ۝

৩৫। "অমসুং মহাকনা তকশল্লমদে লাইর-চুথবশিংবু পিজ-পিথকপদা।" وَلَا يَحُضُّ عَلٰى طَعَامِ الْمِسْكِيْنِ ۝

৩৬। "মরমদুনা ঙসি লৈতে মফমসিদা মহাক্কী মরূপ কনামতা, فَلَيْسَ لَهُ الْيَوْمَ هٰهُنَا حَمِيْمٌ ۝

৩৭। "নত্তুগা লৈতে চিঞ্জাক করিমতা নত্তনা থুনাম-নাঙে, وَّلَا طَعَامٌ اِلَّا مِنْ غِسْلِيْنٍ ۝

৩৮। "মদু চারোই কনামতনা পাপীশিং নত্তনা।" لَّا يَأْكُلُهٗۤ اِلَّا الْخَاطِـُٔوْنَ ۝

২ শুবা রুকূ

৩৯। মরমদুনা ঐনা য়াশকলি নখোইনা উরিবা পোৎ পুম্নমক্কী, فَلَاۤ اُقْسِمُ بِمَا تُبْصِرُوْنَ ۝

৪০। অমসুং নখোইনা উদবা পুম্নমক্কী (সু), وَمَا لَا تُبْصِرُوْنَ ۝

৪১। তশেংবমক মসি য়াহৈনি (পুরকখিবা) য়াম্না পুকচেন চাওবা রসুল অমনা, اِنَّهٗ لَقَوْلُ رَسُوْلٍ كَرِيْمٍ ۝

৪২। অমসুং মসি নত্তে য়াহৈ কবি অমগী; (অদুম ওইনমক) নখোইনা করিসু থাজদে (মসিবু)! وَّمَا هُوَ بِقَوْلِ شَاعِرٍ ؕ قَلِيْلًا مَّا تُؤْمِنُوْنَ ۝

৪৩। নত্তুগা মসি নত্তে য়াহৈ তুংদা থোরক্কদবা হায়না হায়বা মীগী; নখোইনা করিসু পুকনিং চঙদে। وَلَا بِقَوْلِ كَاهِنٍ ؕ قَلِيْلًا مَّا تَذَكَّرُوْنَ ۝

৪৪। (মসি) ফোংদোকপিরকখিবনি সংসার পুম্নমক্কী মপুদগী। تَنْزِيْلٌ مِّنْ رَّبِّ الْعٰلَمِيْنَ ۝

৪৫। অদুগা মহাকনা করিগুম্বা জাল তৌরমলবদি (মসিগী মনুংদা) ঐখোইগীনি হায়না, وَلَوْ تَقَوَّلَ عَلَيْنَا بَعْضَ الْاَقَاوِيْلِ ۝

৪৬। ঐখোইনা শোয়দনমক ফাবিরমগনি মহাকপু মখুৎ য়েৎথংবা পায়দুনা, لَاَخَذْنَا مِنْهُ بِالْيَمِيْنِ ۝

৪৭। অদুগী তুংদা ঐখোইনা ককথৎপিরমগমি মহাক্কী থম্মোইদগী ঈ পুবা শিংলি, ثُمَّ لَقَطَعْنَا مِنْهُ الْوَتِيْنَ ۝

৪৮। মতমদুদা নখোই কনানসু থিংবা ঙমলম্মোই (ঐখোইনা চৈরাক থাবদগী) মহাকপু। فَمَا مِنْكُمْ مِّنْ اَحَدٍ عَنْهُ حٰجِزِيْنَ ۝

৪৯। অদুগা তশেংবমক, মসি নীংশিঙহল্লিবা পোৎনি ধর্ম্ম ফম্বৈনবশিংগীদমক। وَاِنَّهٗ لَتَذْكِرَةٌ لِّلْمُتَّقِيْنَ ۝

৫০। অদুগা ঐখোইনা শোয়দনমক খঙই মর্দুদ নখোইগী মরক্তা খরনা য়াদে (মসিবু)। وَإِنَّا لَنَعْلَمُ أَنَّ مِنكُم مُّكَذِّبِينَ ۝

৫১। অদুগা তশেংবমক, মসি অরাবা নম্বোনিঙঙাইনি অচুম্বা থাজদবশিংগীদমক্তা। وَإِنَّهُ لَحَسْرَةٌ عَلَى الْكَافِرِينَ ۝

৫২। অদুগা মসি তশেংনা অশোয়বা লৈতরবা অচুম্বনি। وَإِنَّهُ لَحَقُّ الْيَقِينِ ۝

৫৩। মরমদুনা শৈশকও থাগত্তুনা কোলোয় মিংলেন নংগী মপু অচৌবগী। فَسَبِّحْ بِاسْمِ رَبِّكَ الْعَظِيمِ ۝





## سُورَةُ الْمَعَارِجِ مَكِّيَّةٌ

অল-ম'আরিজ সূরহ ৭০

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৪৫ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা। بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ۝

২। রা হংবা মী অমনা হংলি থোরক্কদৌবা রায়েল-চৈরাক্কী মরমদা— سَأَلَ سَائِلٌ بِعَذَابٍ وَاقِعٍ ۝

৩। লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদা, কনামতনা ঙমলোই থিংবা মদু— لِّلْكَافِرِينَ لَيْسَ لَهُ دَافِعٌ ۝

৪। (করিননো হায়ববু মদু থাবিরক্কনি) অল্লাহদগী, (মহাক্তি) মপুনি (অরাংবদা কাবগী) কাফম লম্বীগী। مِّنَ اللَّهِ ذِي الْمَعَارِجِ ۝

৫। (অচুম্বনা অরোয়বা জয় তৌনবগী পৃথিবীদা) কাখৎলি মহাক্কী মায়কৈদা স্বর্গ দূতশিং অমসুং 'অল-রুহ (জিব্রীল)সু নুমিৎ অমদা মদুগী মশাঙদি চহি লিশিং য়াংখেনি। تَعْرُجُ الْمَلَائِكَةُ وَالرُّوحُ إِلَيْهِ فِي يَوْمٍ كَانَ مِقْدَارُهُ خَمْسِينَ أَلْفَ سَنَةٍ ۝

৬। মরমদুনা (হে মুহম্মদ!) নং খাংহৈনা খাংঙু (ধর্ম্ম চত্তবশিংনা থীনা তৌবদু)।

فَاصْبِرْ صَبْرًا جَمِيلًا ۝

৭। মখোইনা উই (রায়েল-চৈরাক) অদু য়াম্না লাপ্লা,

إِنَّهُمْ يَرَوْنَهُ بَعِيدًا ۝

৮। তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা উই মদু য়াম্না নক্লা।

وَنَرَاهُ قَرِيبًا ۝

৯। নুমিৎ অদুদা সোরারেন্না ওইরকলবদা শৌদোকহল্লবা কোরিগুম (মৈরিনা ঙাংশং ঙাং),

يَوْمَ تَكُونُ السَّمَاءُ كَالْمُهْلِ ۝

১০। অমসুং (নোংদোল-লৈচিন লানশীংননা লেপলবা) চীংজাওশিংনা ওইরকলবদা তেরা মফোনগুম (মালং নুংশিৎনা কোয়পাই-পাইহনবা),

وَتَكُونُ الْجِبَالُ كَالْعِهْنِ ۝

১১। অমসুং মরূপ অমনা রা হংলোই থিরোই চান্নবা মরূপ অমগী ফিবম,

وَلَا يَسْأَلُ حَمِيمٌ حَمِيمًا ۝

১২।

মখোই অমগা অমগা মশক উনরবসু; মরাল লৈরবা মীনা নীংগনি কায়থোক্লবা মশামকপু নুমিৎ অদুগী, রায়েল-চৈরাক্তগী কখোক্নুনা মহাক্কী মচাশিংবু,

يُبَصَّرُونَهُمْ ۚ يَوَدُّ الْمُجْرِمُ لَوْ يَفْتَدِي مِنْ عَذَابِ يَوْمِئِذٍ بِبَنِيهِ ۝

১৩। অমসুং মহাক্কী নুপীবু অমসুং মহাক্কী (পোকমিন্নবা) মচিন মনাওবু,

وَصَاحِبَتِهِ وَأَخِيهِ ۝

১৪। অমসুং মহাক্কী মরী-মতা মহাকপু চঙজফম পীথিববু,

وَفَصِيلَتِهِ الَّتِي تُؤْوِيهِ ۝

১৫। অমসুং মালেমথক্তা লৈবা পুম্নমকবু — অদুনা কন্নবা মহাকমকপু।

وَمَنْ فِي الْأَرْضِ جَمِيعًا ثُمَّ يُنْجِيهِ ۝

১৬। (কনবা) শুকয়া-য়ারোই! তশেংবমক (শেম শাথ্রবনি) খাম্বি মৈরেং অরাবা (তুম্না চাকথেকপা ঙম্বা),

كَلَّا ۖ إِنَّهَا لَظَىٰ ۝

১৭। (মদুনা) খোকতোক্কনি শউন কুরাংবানমখৈ লরাই লুতোন ফাওবা (চাকহত্নুনা)!

نَزَّاعَةً لِلشَّوَىٰ ۝

১৮। (মৈ) অসিনা কৌশল্লি অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা মতুং ওনশল্লম্বা অমসুং মমায় ওথোকলম্বা (অচুম্বা পাওজেন্দগী),

تَدْعُوا مَنْ أَدْبَرَ وَتَوَلَّىٰ ۝١٧

১৯। অমসুং (য়ারা ললয়াম)পৈশল্লম্বা তৌইগুম্বসুং লোৎশল্লম্বা (অফবা মরমদা খরচ তৌনীংদদুনা)।

وَجَمَعَ فَأَوْعَىٰ ۝١٨

২০। তশেংবমক, মীদি শেমখি খাংঙমদবা ওইনা,

إِنَّ الْإِنسَانَ خُلِقَ هَلُوعًا ۝١٩

২১। পাখৎকল্লি ফত্তবনা লাঙ্গোয় চল্লবদা মহাকপু,

إِذَا مَسَّهُ الشَّرُّ جَزُوعًا ۝٢٠

২২। তৌইগুম্বসুং নুংঙাইবা শরুক্করবদা, মহাক অরীকপা কুপশু ওই,

وَإِذَا مَسَّهُ الْخَيْرُ مَنُوعًا ۝٢١

২৩। নত্তনা মখোই নমাজ তৌবশিংদু,

إِلَّا الْمُصَلِّينَ ۝٢٢

২৪। (মশাগী থৌগাই মশক খঙনা) নমাজ তৌবদা মপুকনিং চেৎপশিং,

الَّذِينَ هُمْ عَلَىٰ صَلَاتِهِمْ دَائِمُونَ ۝٢٣

২৫। অমসুং মখোইগী সম্পত্তিদা (লৈত লাইরবশিংগী) হক লৈ হায়না য়াবশিং,

وَالَّذِينَ فِي أَمْوَالِهِمْ حَقٌّ مَّعْلُومٌ ۝٢٤

২৬। (তশেংনা পীনবগী) অনীবদা অমসুং নীদবদা (ঈকাইবগী মরম্মা),

لِّلسَّائِلِ وَالْمَحْرُومِ ۝٢٥

২৭। অমসুং চপচানা থাজবশিং রায়েল বিচারগী নুমিৎপু অচুম্বনি হায়না,

وَالَّذِينَ يُصَدِّقُونَ بِيَوْمِ الدِّينِ ۝٢٦

২৮। অমসুং কিজবশিং মখোইগী মপুগী রায়েল-চৈরাকপু:

وَالَّذِينَ هُم مِّنْ عَذَابِ رَبِّهِم مُّشْفِقُونَ ۝٢٧

২৯। তশেংবমক, কনাসু লৈতে অশোয়-অঙাম লৈরোয়দবা মখোইগী মপুগী রায়েল-চৈরাক্তগী।

إِنَّ عَذَابَ رَبِّهِمْ غَيْرُ مَأْمُونٍ ۝٢٨

৩০। অদুগা ইন্দ্রিগী অরাম-খৌরাংবদগী ঙাকচবা মখোইদু,

وَالَّذِينَ هُمْ لِفُرُوجِهِمْ حَافِظُونَ ۝٢٩

৩১। (অতৈ অতোপ্পা নুপীশিংদগী) নত্তনা মখোইগী মতাম্লোইশিংদা নত্ত্রগা মখোইগী মখুৎ য়েৎথংবশিংনা দখল তৌরিবদা (মখোইনা নুংঙাইনরুবদা) করিসু দোশ লৈতে;

إِلَّا عَلَىٰ أَزْوَاجِهِمْ أَوْ مَا مَلَكَتْ أَيْمَانُهُمْ فَإِنَّهُمْ غَيْرُ مَلُومِينَ ۝٣٠

৩১। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা (মিতা খমদাদুনা) থিরবদি (অতোপ্পা নুপীশিং) মখোইসি নত্তবা, মখোই কা হেন্দোকপশিংনি ;

فَمَنِ ابْتَغَىٰ وَرَاءَ ذَٰلِكَ فَأُولَٰئِكَ هُمُ الْعَادُونَ

৩২। অমসুং মখোইদা পোৎ-চৈশিং শীন্নবদা থাজবা য়াবা অমসুং মখোইগী ৱাশকশিং ঈশোয়-শোয়দবা,

وَالَّذِينَ هُمْ لِأَمَانَاتِهِمْ وَعَهْدِهِمْ رَاعُونَ

৩৪। অমসুং মখোইগী সাক্ষী পী[illegible]না নপুকচেল তিংবশিং,

وَالَّذِينَ هُمْ بِشَهَادَاتِهِمْ قَائِمُونَ

৩৫। অমসুং মখোইগী নমাজ তৌবদা চেকশনবশিং (মতমদা অমসুং নিয়মদা),

وَالَّذِينَ هُمْ عَلَىٰ صَلَاتِهِمْ يُحَافِظُونَ

৩৬। মখোইসি লৈগনি স্বর্গ লৈকোনশিংদা ঈকাইখুম্নবগা লোয়ননা।

أُولَٰئِكَ فِي جَنَّاتٍ مُكْرَمُونَ

২ শুবা রুকূ

৩৭। তৌইগুম্বসুং করি তৌরবগে (অচুম্বা) থাজদবশিংনা তফিং-তফিং চেনশল্লকলিবা অসিবু নংঙোন্দা,

فَمَالِ الَّذِينَ كَفَرُوا قِبَلَكَ مُهْطِعِينَ

৩৮। য়েৎরোমদগী অমসুং ওইরোমদগী, কাঙবু কাঙবু (অতৎ-অখম লৈ[illegible]না) ?

عَنِ الْيَمِينِ وَعَنِ الشِّمَالِ عِزِينَ

৩৯। মখোইগী মরক্তা মী খুদিংমকনা চঙনীংব্রা (মতম পুম্বদা) থোইদোক্লা নুংঙাইখ্রবা স্বর্গ লৈকোন- শিংদা ?

أَيَطْمَعُ كُلُّ امْرِئٍ مِنْهُمْ أَنْ يُدْخَلَ جَنَّةَ نَعِيمٍ

৪০। (চঙবা) শুকয়া-য়ারোই ! ঐখোইনা শেম্বিখ্রে মখোইবু তশেংনা মখোইনা খঙবা অদুগীদমক্তা।

كَلَّا ۖ إِنَّا خَلَقْنَاهُمْ مِمَّا يَعْلَمُونَ

৪১। মরমদুনা ঐনা ৱাশকলি নোংপোক লমশিং অমসুং নোংচুপ লমশিংগী মপুগী কসম তৌদুনা, মদুদি ঐখোই তশেংবমক শক্তি লৈবনি—

فَلَا أُقْسِمُ بِرَبِّ الْمَشَارِقِ وَالْمَغَارِبِ إِنَّا لَقَادِرُونَ

৪২। পুশল্লকপা মখোইগী মফমদা অতোপ্পশিং হেন্না ফবা মখোইদগী, অমসুং ঐখোইবু ঙম্মরোই অরেম্বদা তাহনবা (ঐখোইগী তৌনীংবা মওং)।

عَلَىٰ أَنْ نُبَدِّلَ خَيْرًا مِنْهُمْ وَمَا نَحْنُ بِمَسْبُوقِينَ

৪৩। মরমদুনা মখোই ৱারেম শুজসনু অমসুং শান্ন-খোৎনদুনা লৈজসনু মখোইনা উনদরিবা ফাওবা মখোইগী নুমিৎ মখোইদা ৱাশকপিরিবদু,

فَذَرْهُمْ يَخُوضُوا وَيَلْعَبُوا حَتَّىٰ يُلَاقُوا يَوْمَهُمُ الَّذِي يُوعَدُونَ

৪৪। নুমিৎ অদুদা মখোই তফিং-তফিং চেনখোরক্কনি মখোইগী কবরশিংদগী, মখোইনা লমজেন চেন্নবগুম থুংফম য়ৌনবা.

يَوْمَ يَخْرُجُونَ مِنَ الْأَجْدَاثِ سِرَاعًا كَأَنَّهُمْ إِلَىٰ نُصُبٍ يُوفِضُونَ ۝

৪৫। মখোইগী মমিৎশিং (অমসুং মমায়শিং) লুকথগনি ঈকাই ফিরুক খুমদুনা। অসিগুম্বনি মখোইদা রাশকপিরিবা নুমিৎ অদু।

خَاشِعَةً أَبْصَارُهُمْ تَرْهَقُهُمْ ذِلَّةٌ ۚ ذَٰلِكَ الْيَوْمُ الَّذِي كَانُوا يُوعَدُونَ ۝



নূহ সূরহ ৭১

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২৯ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ۝

২। তশেংবমক ঐখোইনা থাখি নূহবু মহাক্কী মীশিংদা (অসি হায়বিদুনা) ঃ "চেকশন্নবা হায়বিয়ু নংগী মীশিংবু লাক্তরিঙৈদা মখোইদা অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

إِنَّا أَرْسَلْنَا نُوحًا إِلَىٰ قَوْمِهِ أَنْ أَنْذِرْ قَوْمَكَ مِنْ قَبْلِ أَنْ يَأْتِيَهُمْ عَذَابٌ أَلِيمٌ ۝

৩। মহাকনা হায়খি ঃ "হো ঐগী কাণ্ডলুপ! তশেংবমক ঐসে চেকশন্নবা হায়বিবা মীনি নখোইদা,

قَالَ يَا قَوْمِ إِنِّي لَكُمْ نَذِيرٌ مُبِينٌ ۝

৪। "নখোই থৌগল তৌ অল্লাহগী অমসুং কিয়ু মহাকপু অমসুং ঐনা হায়বদা ইল্লু.

أَنِ اعْبُدُوا اللَّهَ وَاتَّقُوهُ وَأَطِيعُونِ ۝

৫। "মহাকনা কোকপিগনি নখোইগী নপাপশিং অমসুং পীবিগনি নখোইবু পোত্থাবা অরেপ্পা মতম অমা ফাওবগী। তশেংবমক অল্লাহনা লেপখিবা মতম অদু লাকলবদা য়েথোকপা য়াদে, নখোইনা করিগুম্বা খঙলমলবদি।"

يَغْفِرْ لَكُمْ مِنْ ذُنُوبِكُمْ وَيُؤَخِّرْكُمْ إِلَىٰ أَجَلٍ مُسَمًّى ۚ إِنَّ أَجَلَ اللَّهِ إِذَا جَاءَ لَا يُؤَخَّرُ ۖ لَوْ كُنْتُمْ تَعْلَمُونَ ۝

৬। মহাকনা হায়খি ঃ "ঐগী মপুও! ঐনা কৌজখ্রে ঐগী মীশিংবু অহিং অমসুং নুংথিলদা,

قَالَ رَبِّ إِنِّي دَعَوْتُ قَوْمِي لَيْلًا وَنَهَارًا ۝

| | |
|---|---|
| ৭। "তৌইগুম্বসুং ঐগী কৌবনা (মখোইবু) হেন্নদুম চেলহনখ্রে (ঐঙোন্দগী হায়ন-তানবা য়াদদুনা)। | فَلَمْ يَزِدْهُمْ دُعَآءِيْٓ اِلَّا فِرَارًا۝ |
| ৮। "অদুগা ঐনা কৌবা মতম খুদিংদা মখোইবু (অচুম্বগী মায়কৈদা) অদুনা নহাকনা ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা ঙাকপিনবা মখোইবু, মখোইনা মেনশল্লি মনাকোংশিং মখুৎশাশিংনা অমসুং কুপশল্লি মশাশিং মখোইগী শেৎ ইন্নবা ফিরোলশিংনা অমসুং অনম কনশল্লি (অচুম্বা থাজদবদা) অমসুং নাপল লুথোংনৈ। | وَاِنِّيْ كُلَّمَا دَعَوْتُهُمْ لِتَغْفِرَ لَهُمْ جَعَلُوْٓا اَصَابِعَهُمْ فِيْٓ اٰذَانِهِمْ وَاسْتَغْشَوْا ثِيَابَهُمْ وَاَصَرُّوْا وَاسْتَكْبَرُوا اسْتِكْبَارًا۝ |
| ৯। "অদুগী তুংদা ঐনা কৌখি মখোইবু ইফোং-ফোংনা (অচুম্বা য়াহৌনবগী), | ثُمَّ اِنِّيْ دَعَوْتُهُمْ جِهَارًا۝ |
| ১০। "অদুগী তুংদা (অমুকহন্না) ঐনা লাউথোকখি মখোই মীয়ামদা অমসুং ব্লারক-ব্লাতেম্বিখি মখোইবু অরোনবদ(সু), | ثُمَّ اِنِّيْٓ اَعْلَنْتُ لَهُمْ وَاَسْرَرْتُ لَهُمْ اِسْرَارًا۝ |
| ১১। "অদুগী মতমদা ঐনা হায়খি (মখোইদা): হুঙ্গৎচৌ নখোইগী মপুদা লংজ-ঙাকপিনবগী; তশেংবমক মহাক্তি মতমপুম্বদা য়োনজ-কোকপিহৈবনি, | فَقُلْتُ اسْتَغْفِرُوْا رَبَّكُمْ اِنَّهٗ كَانَ غَفَّارًا۝ |
| ১২। "মহাকনা থাদবিরক্কনি কোরৌ নোংমদোলদগী নোং মরাংকায়না, | يُّرْسِلِ السَّمَآءَ عَلَيْكُمْ مِّدْرَارًا۝ |
| ১৩। "অমসুং মহাকনা তেংবাংবিগনি নখোইবু পীনবিদুনা লন-থুম অমসুং নচা নিপাশিং অমসুং হৌহনবিগনি নখোইগীদমক্তা হৈকোন-লৈকোনশিং অমসুং (চেলহনবিগনি) নখোইগী-দমক্তা তুরেলশিং (ঈপান চাওনা)। | وَّيُمْدِدْكُمْ بِاَمْوَالٍ وَّبَنِيْنَ وَيَجْعَلْ لَّكُمْ جَنّٰتٍ وَّيَجْعَلْ لَّكُمْ اَنْهٰرًا۝ |
| ১৪। "করিনো নখোইনা আশা তৌদরিবা অসিবু লৌশিং অমসুং অচৌবা (খুবম) ফংনবগী অল্লাহদগী? | مَا لَكُمْ لَا تَرْجُوْنَ لِلّٰهِ وَقَارًا۝ |
| ১৫। "অদুগা মহাকনা শেম-শাবিখি নখোইবু তোঙান-তোঙানবা মওংশিং অমসুং ফিবমশিংদা। | وَقَدْ خَلَقَكُمْ اَطْوَارًا۝ |

১৬। "নখোই উদব্রা অল্লাহনা করম্না শেম-শাখিবা স্বর্গ তরেৎ চপমান্ননা,

أَلَمْ تَرَوْا كَيْفَ خَلَقَ اللَّهُ سَبْعَ سَمَٰوَٰتٍ طِبَاقًا ⑮

১৭। "অমসুং থমখিবা চন্দ্র থাবু মদুগী মনুংদা মঙাল অমা ওইনা, অমসুং শেমখিবা সূর্য্য নুমিৎপু (অরংবা) থাওয়ৈ অমা ওইনা ?

وَجَعَلَ الْقَمَرَ فِيهِنَّ نُورًا وَجَعَلَ الشَّمْسَ سِرَاجًا ⑯

১৮। "অমসুং অল্লাহনা হৌহনবিখি নখোইবু পাম্বী হৌবগুম্না লৈবাক্তগী,

وَاللَّهُ أَنۢبَتَكُم مِّنَ الْأَرْضِ نَبَاتًا ⑰

১৯। "অদুগী তুংদা (তাইবঙ পুন্সি লোয়বগা) মহাকনা হনজিনহনগনি নখোইবু মদুদা (অশিবগী খায়াত্তা চঙহনবিদুনা) অমসুং মহাকনা পুথোকপিগনি নখোইবু (নখোইগী কবরশিংদগী তৌনা) লৌথোকপিদুনা।

ثُمَّ يُعِيدُكُمْ فِيهَا وَيُخْرِجُكُمْ إِخْرَاجًا ⑱

২০। "অদুগা অল্লাহনা শেম্লিখি পৃথিবীবু নখোইগীদমক্তা অপাকপা লম অমা—

وَاللَّهُ جَعَلَ لَكُمُ الْأَرْضَ بِسَاطًا ⑲

২১। "অদুনা নখোইনা চৎ-থোক্নবা অপাকপা খোঙ-লম্বীশিংদা মদুগী।"

لِّتَسْلُكُوا مِنْهَا سُبُلًا فِجَاجًا ⑳

২ শুবা রুকূ

২২। নূহনা হায়খি ঃ "ঐগী মপু ও ! মখোইনা ইন্দে ঐনা হায়বদা, অমসুং তুং ইনখ্রে (চিরোন খোঙনাইবা অমসুং য়াথং রাপে হায়বা) অমগী মহাক্কী লন-থুম অমসুং মচাশিংনা হেনগৎহনবতা থোকখ্রে মহাক্কী অমাঙবা ;

قَالَ نُوحٌ رَّبِّ إِنَّهُمْ عَصَوْنِي وَاتَّبَعُوا مَن لَّمْ يَزِدْهُ مَالُهُ وَوَلَدُهُ إِلَّا خَسَارًا ㉑

২৩। "অমসুং মখোইনা থৌরাংখ্রে অচৌবা থৌরাং অমা (ঐগী মায়োক্তা)।

وَمَكَرُوا مَكْرًا كُبَّارًا ㉒

২৪। "অদুগা মখোই (মকোক ওইবশিং) না হায়খি (মখাথংবশিংদা)ঃ থাদোক্কনু নখোইগী খোয়ম লাইশিং ; অমসুং থাদোক্কনু বদ্দ নত্ত্রগা সুবা নত্ত্রগা য়গুস নত্ত্রগা য়'উক নত্ত্রগা নসর।

وَقَالُوا لَا تَذَرُنَّ آلِهَتَكُمْ وَلَا تَذَرُنَّ وَدًّا وَلَا سُوَاعًا وَلَا يَغُوثَ وَيَعُوقَ وَنَسْرًا ㉓

২৫। "অদুগা তশেংবমক মখোই (গী অরানবা লাইনীং লাইশোল)না লম্মুক্কুহনবিখ্রে মী য়াম্না ; মরমদুনা (অরানবা তমনা অরানবা তরা পোকই

وَقَدْ أَضَلُّوا كَثِيرًا ۖ وَلَا تَزِدِ الظَّالِمِينَ إِلَّا

ضَلٰلًا ﴿٢٤﴾

হায়বগুম) নহাকনা পীবিগনু চাওখৎপা করিমতা অরানবা লম্বীনবশিংবু লম্মুক্নবা নত্তনা।"

مِمَّا خَطِيٓـَٔـٰتِهِمْ أُغْرِقُوا۟ فَأُدْخِلُوا۟ نَارًا فَلَمْ يَجِدُوا۟ لَهُم مِّن دُونِ ٱللَّهِ أَنصَارًا ﴿٢٥﴾

২৬। (কায়থংদা) মখোইনা পাপ লম্বীনবগী মরম্না মখোইবু ঈরাকশিনহনবিখি (প্রলয়গী ঈশিং ঈচাওদা) অমসুং চঙহনবিখি থাম্মি মৈদা। অদুগা মখোইনা ফংখিদে তেংবাংবিনবা কনামতা অল্লাহ নত্তনা।

وَقَالَ نُوحٌ رَّبِّ لَا تَذَرْ عَلَى ٱلْأَرْضِ مِنَ ٱلْكَـٰفِرِينَ دَيَّارًا ﴿٢٦﴾

২৭। অদুগা নুহনা হায়খি ঃ "ঐগী মপুও !(ফত্তবা উপাম্বীনা কদৌঙেদসু পান্দে অফবা মহৈ, মরমদুনা) থাদোকপিরগনু অচুম্বা থাজদবা মী অমতা (ঐগী মীশিংনা খুন্দারিবা) লমদা;

إِنَّكَ إِن تَذَرْهُمْ يُضِلُّوا۟ عِبَادَكَ وَلَا يَلِدُوٓا۟ إِلَّا فَاجِرًا كَفَّارًا ﴿٢٧﴾

২৮। "মরমদি ঃ নহাকনা থাদোকপিরবদি মখোইবু, মখোইনা লম্বী লান্না চিংবিখ্রগনি নহাক্কী ননাইশিংবু অমসুং (ফত্তবা উপাম্বীনা ফত্তবা মহৈ পানবগুম) পোকলরোই লমচৎ নাইদবা অমসুং তৌবিমল খঙদবা (মচা)শিং নত্তনা।

رَّبِّ ٱغْفِرْ لِى وَلِوَٰلِدَىَّ وَلِمَن دَخَلَ بَيْتِىَ مُؤْمِنًا وَلِلْمُؤْمِنِينَ وَٱلْمُؤْمِنَـٰتِ وَلَا تَزِدِ ٱلظَّـٰلِمِينَ إِلَّا تَبَارًۢا ﴿٢٨﴾ ع

২৯। "ঐগী মপুও ! ঙাকপিয়ু ঐবু অমসুং ঐগী অপোকপা অপোকপীবু, অমসুং অচুম্বা থাজবা ওইনা ঐগী য়ুমদা চঙলকপা মহাকপু, অমসুং অচুম্বা থাজবা নিপাশিং অমসুং অচুম্বা থাজবা নুপীশিংবু; নহাকনা পীবিগনু হেনগৎপা করিমতা অরানবা লম্বীনবশিংবু পুম্মাঙ-মাঙহনবা নত্তনা।

سُورَةُ الْجِنِّ مَكِّيَّةٌ (٧٢)

অল-জিন
সূরহ ৭২

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২৯ নি)

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা. থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

قُلْ أُوحِيَ إِلَيَّ أَنَّهُ اسْتَمَعَ نَفَرٌ مِّنَ الْجِنِّ فَقَالُوا إِنَّا سَمِعْنَا قُرْآنًا عَجَبًا

২। হায়য়ু (মীওইবশিংদা) : "ঐঙোন্দা ফোংদোকপিখ্রে মদুদি জিন কাঙবু অমনা তা। (ঐনা কুরআনগী শ্লোকশিং থীথবা). অমসুং মখোইনা হায়খি : "তশেংবমক ঐখোইনা তাখ্রে অঙকপা কুরআন অমা,

يَهْدِي إِلَى الرُّشْدِ فَآمَنَّا بِهِ ۖ وَلَن نُّشْرِكَ بِرَبِّنَا أَحَدًا

৩। "মসিনা লমজিংই অচুম্বদা. মরমদুনা ঐখোইনা থাজখ্রে মদু অমসুং ঐখোইনা তিন্নরোই কনামতবু মশরুক য়ামিন্নবা ওইনা ঐখোইগী মপুগা,

وَأَنَّهُ تَعَالَىٰ جَدُّ رَبِّنَا مَا اتَّخَذَ صَاحِبَةً وَلَا وَلَدًا

৪। "অমসুং মহাক্কী মতিক মঙালদি য়াম্না রাংব্রে — মহাক্কী লৈতে মতু নত্তুগা মচা নিপা কনামতা.

وَأَنَّهُ كَانَ يَقُولُ سَفِيهُنَا عَلَى اللَّهِ شَطَطًا

৫। "তৈইগুম্বসুং ঐখোইগী ইরক্তো অপঙজাওবশিংনা (অচুম্বা রাখল তৌদদুনা) মশিঞ্জাং ওইনা ঙাঙ-শকই কা হেনবা মীনম্বা রাতাশিং অল্লাহগী মরমদা.

وَأَنَّا ظَنَنَّا أَن لَّن تَقُولَ الْإِنسُ وَالْجِنُّ عَلَى اللَّهِ كَذِبًا

৬। "অমসুং ঐখোইনা খল্লম্মী মদুদি মীচমশিং অমসুং জিনশিংনা কদৌঙৈদসু ঙাঙ-শকলোই মীনম্বা রা নাকোং রাপৈ অল্লাহগী মরমদা.

وَأَنَّهُ كَانَ رِجَالٌ مِّنَ الْإِنسِ يَعُوذُونَ بِرِجَالٍ مِّنَ الْجِنِّ فَزَادُوهُمْ رَهَقًا

৭। "অমসুং তশেংবমক (মশক নাইবা)মী খরনা মীচমশিংগী মরক্তুগী মশিঞ্জাং ওইনা থিখি চঙজফম মী খরগী জিনশিংগী মরক্তুগী. মরমদুনা মখোই (জিনশিংনা) হেনগৎহনবিখ্রে মখোই (চঙজফম থিবশিং)বু ফত্তরম লম্বীনবদা :

وَأَنَّهُمْ ظَنُّوا كَمَا ظَنَنتُمْ أَن لَّن يَبْعَثَ اللَّهُ أَحَدًا

৮। "অমসুং মখোইনা খনখি. নখোইনা খনবগুম. মদুদি অল্লাহনা কদৌঙৈদসু থোকহনবিরোই কনাগুম্বা অমতা (নবী ওইনা) :

وَأَنَّا لَمَسْنَا السَّمَآءَ فَوَجَدْنٰهَا مُلِئَتْ حَرَسًا شَدِيدًا وَشُهُبًا ﴿٨﴾

৯। "অমসুং ঐখোইনা হোংনখি য়োনবা স্বর্গ, তৌই গুম্বসুং ঐখোইনা ফংখি মদু পিক থনবা তকনবা চৌকিদারশিং অমসুং (ইলং-লংনা চাকপা) মৈরিশিংনা ,

وَأَنَّا كُنَّا نَقْعُدُ مِنْهَا مَقَاعِدَ لِلسَّمْعِ ۖ فَمَن يَسْتَمِعِ الْـَٔانَ يَجِدْ لَهُۥ شِهَابًا رَّصَدًا ﴿٩﴾

১০। "অমসুং ঐখোইনা কমলস্মী ফমফম খরদা (লোন্না) রা তানবগী (নোংমপোল সভাদগী), তৌই গুম্বসুং কনাগুম্বনা হৌজিক হোংনবদু তাগনৌবগী, ফংই (ইলং-লংনা চাকপা) মৈরি অমা ঙাইদুনা লৈবা (লাকশিন্নবগী) মহাকপু :

وَأَنَّا لَا نَدْرِىٓ أَشَرٌّ أُرِيدَ بِمَن فِى الْأَرْضِ أَمْ أَرَادَ بِهِمْ رَبُّهُمْ رَشَدًا ﴿١٠﴾

১১। "অমসুং ঐখোইনা খঙদে ফত্তবা তৌবিনীংলিব্রা মালেমথক্তো লৈরিবা মখোইদুদা নত্তগা মখোইগী মপুনা লমজিংবিনীংব্রা মখোইবু,

وَأَنَّا مِنَّا الصّٰلِحُونَ وَمِنَّا دُونَ ذٰلِكَ ۖ كُنَّا طَرَآئِقَ قِدَدًا ﴿١١﴾

১২। "অমসুং ঐখোইগী মরক্তা খরনা অচুম্বা পাম্বনি অমসুং অতোপ্পা খরনা পামদবনি মদু : অমসুং ঐখোই তোঙান-তোঙানবা মতকী কাঙলুপশিংনি,

وَأَنَّا ظَنَنَّآ أَن لَّن نُّعْجِزَ اللَّهَ فِى الْأَرْضِ وَلَن نُّعْجِزَهُۥ هَرَبًا ﴿١٢﴾

১৩। "অমসুং ঐখোইনা খঙই ঐখোইনা কদৌঙেদসু ঙমলোই থুগায়বা অল্লাহগী থৌশীন পৃথিবীদা নত্তগা ঙমলোই ঐখোই নাথোকপা মঙোন্দগী চেংথাক্তুনা,

وَأَنَّا لَمَّا سَمِعْنَا الْهُدٰىٓ ءَامَنَّا بِهِۦ ۖ فَمَن يُؤْمِنۢ بِرَبِّهِۦ فَلَا يَخَافُ بَخْسًا وَلَا رَهَقًا ﴿١٣﴾

১৪। "অমসুং ঐখোইনা তাখিবদা (য়াওরনবা কৌবদু) লমজিং (ফংহৌনবা) ঐখোইনা থাজখ্রে মদু। মরমদুনা কনাগুম্বনা (মপুকনিং শেংনা) থাজরবদি মহাক্কী মপুবু, মহাক কিনঙাই লৈতে মাঙগনি হায়বগী (মনা-মথিন) নত্তগা চুমদনা তৌবিগনি হায়বগী,

وَأَنَّا مِنَّا الْمُسْلِمُونَ وَمِنَّا الْقٰسِطُونَ ۖ فَمَنْ أَسْلَمَ فَأُولٰٓئِكَ تَحَرَّوْا رَشَدًا ﴿١٤﴾

১৫। "অমসুং ঐখোইগী মরক্তা খরনা মুসলিমশিংনি অমসুং (অতোপ্পা) খরনা চখোকখ্রবনি (অচুম্বা লম্বীদগী)।" মরমদুনা কনাগুম্বনা য়াখ্রবা ইসলাম, মখোইসি থরাই য়াওনা থি অচুম্বা লম্বী।

১৬। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা চখোকপ্তবা (অচুম্বা লম্বীদগী). মখোইদো শিংবি মৈহুমনি নরক্কী।

وَاَمَّا الْقٰسِطُوْنَ فَكَانُوْا لِجَهَنَّمَ حَطَبًا ۟

১৭। অদুগা (অল্লাহগী পাওজেন্দি অসিনি :) মখোই (ধর্ম্ম চত্তবশিং) না খোঙফম্নরবদি (অচুম্বা) লম্বী. ঐখোইনা শোয়দনমক পীবিগনি মখোইবু থক্নবা ঈশিং মরাংকায়না..

وَّاَنْ لَّوِاسْتَقَامُوْا عَلَى الطَّرِيْقَةِ لَاَسْقَيْنٰهُمْ مَّآءً غَدَقًا ۟

১৮। অদুনা ঐখোইনা চাং য়েংনবা মখোইবু মদুগী মতেংনা। অদুগা কনাগুম্বনা মমায় ওথোকলবদি নীংশিঙবদগী মহাক্কী মপুবু. মহাকনা চঙহনবিগনি মাবু য়াম্না শাথীবা রায়েল-চৈরাকদা।

لِّنَفْتِنَهُمْ فِيْهِ ۚ وَمَنْ يُّعْرِضْ عَنْ ذِكْرِ رَبِّهٖ يَسْلُكْهُ عَذَابًا صَعَدًا ۟

১৯। অদুগা মসজিদশিং (খাস) অল্লাহগীনি. মরমদুনা থৌগল তৌগনু কনামতগী লোয়নননা অল্লাহগা।

وَّاَنَّ الْمَسٰجِدَ لِلّٰهِ فَلَا تَدْعُوْا مَعَ اللّٰهِ اَحَدًا ۟

২০। অদুগা অল্লাহগী মনাইনা লেপ্পদা মহাক্কী থৌগল তৌবগী. (লমফৈ-খোঙফম্নবশিং) মখোইনা ক্রক-ক্রক ইন্নদা কোয়শল্লি মহাকপু. নুংশাসোর ফুনগৎহন্নঙাই ওইহন্দুনা।

وَّاَنَّهٗ لَمَّا قَامَ عَبْدُ اللّٰهِ يَدْعُوْهُ كَادُوْا يَكُوْنُوْنَ عَلَيْهِ لِبَدًا ۟

২ শুবা রুকূ

২১। হায়যু (মখোইদা.) "ঐনা থৌগলজে মহাক্তবু অমসুং ঐনা পুশন্দে (খোয়ম লাই কনামতা) মহাক্কা লোয়নননা।"

قُلْ اِنَّمَآ اَدْعُوْا رَبِّيْ وَلَآ اُشْرِكُ بِهٖٓ اَحَدًا ۟

২২। হায়যু (অমুকসু): "ঐগী শক্তি লৈতে অমাঙবা নত্তগা কান্নবা তৌবগী নখোইদা।"

قُلْ اِنِّيْ لَآ اَمْلِكُ لَكُمْ ضَرًّا وَّلَا رَشَدًا ۟

২৩। হায়যু (অমুকহন্না): "তশেংবমক কনামতনা ঙাকপিবা ঙমদে ঐবু অল্লাহগী মায়োক্তা নত্তগা ঐনা ফংদে চঙজফম অমতা মহাক নত্তনা.

قُلْ اِنِّيْ لَنْ يُّجِيْرَنِيْ مِنَ اللّٰهِ اَحَدٌ ۙ وَّلَنْ اَجِدَ مِنْ دُوْنِهٖ مُلْتَحَدًا ۟

২৪। "ঐগী (দায়ীদি) হায়দোকপতনি (ঐঙোন্দা ফোংদোকপিরকপদু) অল্লাহগী অমসুং মহাক্কী পাওজেনশিং।" তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা য়াথং হীকতোকলবদি অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলগী.

اِلَّا بَلٰغًا مِّنَ اللّٰهِ وَرِسٰلٰتِهٖ ۚ وَمَنْ يَّعْصِ اللّٰهَ وَ

رَسُوْلَهٗ فَاِنَّ لَهٗ نَارَ جَهَنَّمَ خٰلِدِيْنَ فِيْهَآ اَبَدًا ﴿٢٣﴾

মহাক্কীদমকতি নরক্কী খাম্বি মৈনি, মদুগী মনুংদা মহাক লৈগনি লোম্বা লৈতনা।

حَتّٰٓى اِذَا رَاَوْا مَا يُوْعَدُوْنَ فَسَيَعْلَمُوْنَ مَنْ اَضْعَفُ نَاصِرًا وَّاَقَلُّ عَدَدًا ﴿٢٤﴾

২৫। (মখোই তোকলরোই নিন্দা তৌদুনতা লৈবা) মখোইনা উদ্রিবা ফাওবা মখোইদা ৱাশকপিখিবদু, মরমদুনা মখোই থুনা খঙলগনি কনাগী মীচংনা শোনবা অমসুং কনাগী মশিংনা য়ামদবা।

قُلْ اِنْ اَدْرِيْٓ اَقَرِيْبٌ مَّا تُوْعَدُوْنَ اَمْ يَجْعَلُ لَهٗ رَبِّيْٓ اَمَدًا ﴿٢٥﴾

২৬। হায়য়ু (লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদা)ঃ "ঐ খঙদে নখোইদা ৱাশকপিরিবা (ৱায়েল-চৈরাক) অদু নকশিল্লকলব্রা নত্তগা ঐগী মপুনা লেপখিব্রা মদুগী মতম শাংনা।"

عٰلِمُ الْغَيْبِ فَلَا يُظْهِرُ عَلٰى غَيْبِهٖٓ اَحَدًا ﴿٢٦﴾

২৭। মহাক্তি অখঙবনি উদবা (পুম্নমক্কী), মরমদুনা মহাকনা ফোংদোক্তে মহাক্কী অরোনবশিং কনামতদা,

اِلَّا مَنِ ارْتَضٰى مِنْ رَّسُوْلٍ فَاِنَّهٗ يَسْلُكُ مِنْ بَيْنِ يَدَيْهِ وَمِنْ خَلْفِهٖ رَصَدًا ﴿٢٧﴾

২৮। নত্তনা মহাক্কী অখন্নবা রসুলদা; অমসুং মহাকনা চৎহল্লি থৌগাল (স্বর্গ দুতশিংগী) মহাক্কী মমাংদা অমসুং মহাক্কী মতুংদা,

لِّيَعْلَمَ اَنْ قَدْ اَبْلَغُوْا رِسٰلٰتِ رَبِّهِمْ وَاَحَاطَ بِمَا لَدَيْهِمْ وَاَحْصٰى كُلَّ شَيْءٍ عَدَدًا ﴿٢٨﴾

২৯। অদুনা মহাকনা খঙনবা মদুদি (স্বর্গ দুতশিং) মখোইনা ফোংদোকখিবনি পাওজেলশিং মখোইগী মপুগী অমসুং মহাকনা পুংকোয়-কোয়র্শাল্লি মখোইগী লৈবা পুম্নমক অমসুং মহাকনা মশিং থিজল্লি পোৎ পুম্নমক।

# سُوْرَةُ الْمُزَّمِّلِ مَكِّيَّةٌ

## অল-মুজ্জম্মিল

সূরহ ৭৩

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২১ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

يٰٓاَيُّهَا الْمُزَّمِّلُ ﴿١﴾

২। হে ইন্নফিনা য়োমশনবা!

قُمِ الَّيْلَ اِلَّا قَلِيْلًا ﴿٢﴾

৩। হৌগৎলো (নমাজ তৌবগী) অহিং তাংলৌদা (মীয়াম্না থোমলেন তুমখুন তানখ্রবদা) মতম খরদং (অহিং নোংশোয়বদি) নত্তুনা—

نِّصْفَهٗٓ اَوِ انْقُصْ مِنْهُ قَلِيْلًا ﴿٣﴾

৪। (অহিং) তংখায় অমা নত্রুগা মদুদগী খরা হন্থনা,

اَوْ زِدْ عَلَيْهِ وَرَتِّلِ الْقُرْاٰنَ تَرْتِيْلًا ﴿٤﴾

৫। নত্রুগা খরবু হেন্না—অমসুং শোল্লু কুরআন ফজনা ব্রাহৈগী খোথোক চাং নাইনা।

اِنَّا سَنُلْقِيْ عَلَيْكَ قَوْلًا ثَقِيْلًا ﴿٥﴾

৬। তশেংবমক, ঐখোইনা থোনগৎপিগদৌরি নংঙোন্দা অরুম্বা য়াথং অমা।

اِنَّ نَاشِئَةَ الَّيْلِ هِيَ اَشَدُّ وَطْاً وَّاَقْوَمُ قِيْلًا ﴿٦﴾

৭। অহিং তাংলৌদা নমাজগীদমক হৌগৎপসি য়াম্না শক্তি লৈবনি (মশাবু) মেংথহনবদা অমসুং কান্নবঙাই ওইবনি রা ঙাঙ-শকপদা।

اِنَّ لَكَ فِي النَّهَارِ سَبْحًا طَوِيْلًا ﴿٧﴾

৮। নং তশেংনমক থবক য়াম্না চিল্লি নুংথিলগী মতমদা।

وَاذْكُرِ اسْمَ رَبِّكَ وَتَبَتَّلْ اِلَيْهِ تَبْتِيْلًا ﴿٨﴾

৯। মরমদুনা নীংশিঙু নংগী মপুগী কোলোয় মিংলেন (অহিংগী মতমদা) অমসুং পুকনিং ওনশল্লু মঙোন্দা নথরাই অপুম্বা য়াওনা।

رَبُّ الْمَشْرِقِ وَالْمَغْرِبِ لَآ اِلٰهَ اِلَّا هُوَ فَاتَّخِذْهُ وَكِيْلًا ﴿٩﴾

১০। (মহাক্তি) মপুনি নোংপোক্কী অমসুং নোংচুপকী; মহাক নত্তবা চীঙু লাই কনামতা লৈতে; মরমদুনা লৌ মহাকপু নংগী ঙাক-শেনবিবা ওইনা।

وَاصْبِرْ عَلٰى مَا يَقُوْلُوْنَ وَاهْجُرْهُمْ هَجْرًا جَمِيْلًا ﴿١٠﴾

১১। অদুগা (নং) থাংহৈনা থাংভু (ধৰ্ম্ম চত্তবশিং) মথোইনা (ইজ্জৎ য়েংদনা) ঙাঙ-শকপা পুম্নমক (নংগী নথক্তা) অমসুং থায়দোকউ মথোইদগী ফজবা মওংদা।

وَذَرْنِي وَالْمُكَذِّبِينَ أُولِي النَّعْمَةِ وَمَهِّلْهُمْ قَلِيلًا ⑪

১২। অদুগা থাদোকও ঐঙোন্দা (অচুম্বা) য়াদবশিং, নুংঙাইবা ফম্বৈনবশিং মখোইদো; অমসুং পীয়ু মখোইদা মতম খরা পোত্থাবা।

إِنَّ لَدَيْنَا أَنْكَالًا وَجَحِيمًا ⑫

১৩। তশেংবমক, ঐখোইগী ইনাক্তা লৈ খোঙগী য়োৎলৌ কোলৌ অমসুং ড্রুং-ড্রুং চাকপা খাম্বি মৈ,

وَطَعَامًا ذَا غُصَّةٍ وَعَذَابًا أَلِيمًا ⑬

১৪। অমসুং নুংশাসোর থিংহনবা চিঞ্জাক অমসুং অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাক—

يَوْمَ تَرْجُفُ الْأَرْضُ وَالْجِبَالُ وَكَانَتِ الْجِبَالُ كَثِيبًا مَّهِيلًا ⑭

১৫। (শোয়দ্রবা) নুমিৎ অমদা মদুদা পৃথিবী অমসুং চীংজাওশিং (চেংখৈ য়াংকোক্নুনা) থক-থক নীক্কনি অমসুং (নোংদোল-লৈচিন লানশীংননা লেপ্পবা) চীংজাওশিং ওইগনি নীংখায়রবা লৈঙোইপুংগুম।

إِنَّا أَرْسَلْنَا إِلَيْكُمْ رَسُولًا شَاهِدًا عَلَيْكُمْ كَمَا أَرْسَلْنَا إِلَىٰ فِرْعَوْنَ رَسُولًا ⑮

১৬। থাঙ্গৈশেংবমক, ঐখোইনা থাবিখি নখোইদা রসুল অমা, মহাক সাক্ষীনি নখোইগী নথক্তা, ঐখোইনা থাখিবগুম রসুল অমা ফিরঔন্দা।

فَعَصَىٰ فِرْعَوْنُ الرَّسُولَ فَأَخَذْنَاهُ أَخْذًا وَبِيلًا ⑯

১৭। তৌইগুম্বসুং ফিরঔন্না ইনখিদে রসুলনা হায়বদা, মরমদুনা ঐখোইনা য়াবিখি মহাকপু অকনবা খুৎফানা।

فَكَيْفَ تَتَّقُونَ إِن كَفَرْتُمْ يَوْمًا يَجْعَلُ الْوِلْدَانَ شِيبًا ⑰

১৮। মরমদুনা নখোইনা থাজদ্রবদি (নখোইগী রসুলবু) করম্না নখোইনা ঙাক্কদৌরি নশামকপু নুমিৎ অমদা মদুদা অঙাং নারাশিং (মথম্মোইশিং তনীক্লদুনা) পোক্লা পুমঙৌ-ঙৌগনি ?

السَّمَاءُ مُنفَطِرٌ بِهِ ۚ كَانَ وَعْدُهُ مَفْعُولًا ⑱

১৯। (নুমিৎ অদুদা) স্বর্গ মচেৎ মচেৎ কায়দুনা নীংখায়গনি। (অল্লাহ) মহাক্কী ৱাশক (শোয়দনমক) পুরা তৌবা তাই।

إِنَّ هَٰذِهِ تَذْكِرَةٌ ۖ فَمَن شَاءَ اتَّخَذَ إِلَىٰ رَبِّهِ سَبِيلًا ⑲

২০। তশেংবমক, মসি নীংশিঙহল্লিবা পোৎনি; মরমদুনা কনাগুম্বা অপাম্বা মহাকনা খোঙফম্ম-জসনু (অচুম্বা) লম্বী (চুমদ্রিং) য়ৌবা মহাক্কী মপুদা।

২ শুবা রুকূ

إِنَّ رَبَّكَ يَعْلَمُ أَنَّكَ تَقُومُ أَدْنَىٰ مِن ثُلُثَيِ اللَّيْلِ

২১। তশেংবমক, নংগী মপুনা খঙই মদুদি নংনা লেপই নমাজ তৌবগী (করিগুম্বদা) অহিংগী

শরুক অহুম থোকপগী অনি, নত্রগা (করিগুম্বদা) তংখায় অমা মদুগী, নত্রগা (করিগুম্বদা) শরুক অহুম থোকপগী অমা মদুগী, অমসুং নংগা লোয়নরিবা (ধর্ম্ম ফম্বেনবা) খুৎপু অমসু (মদুম্না তৌই)। অদুগা অল্লাহনা লেপই চাং অহিং অমসুং নুংথিলগী। মহাকনা খঙই নখোইনা তৌবা ঙমলোই মদু, মরমদুনা মহাকনা ওনশিনবিখি নখোইদা ঙাকপিবগা লোয়ননা। মরমদুনা নখোই (অহিংগী নমাজ তৌবদা) শোল্লু কুরআন নখোইনা লায়না (শোলবা) ঙম্বমখে। মহাকনা খঙই নখোইগী মরক্তা খরনা নাবা য়াওই অমসুং অতোপ্পা খরনা কোয়না লম চৎলি থিবগী অল্লাহগী থৌজাল, অমসুং অতে অতোপ্পনা লান শোক্লরি অল্লাহগী লম্বীদা। মরমদুনা শোল্লু (কুরআন) লায়না (শোলবা) ঙম্বমখে, অমসুং নমাজ তৌ, অমসুং পীয়ু জকাত, অমসুং (শেল্দোং লৌদনা) ফজনা শেল পুথোকও অল্লাহদা। অদুগা অফবা (থবকশিং) নখোইনা থাবমখে নমাংদা নখোইগী থৱাইগী (য়াইফনবগী) দমক, মখোইনা (শোয়দনমক) ফংগনি অল্লাহগী মনাক্তা—হেন্না ফবা অমসুং হেন্না চাওবা মনা-মথিন। অদুগা হঙ্গৎচৌ অল্লাহনা অয়োন-অরান ঙাকপিনবগী। তশেংবমক অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি নুংশিহৈবনি।

وَنِصْفَهُ وَثُلُثَهُ وَطَآئِفَةٌ مِّنَ الَّذِينَ مَعَكَ ۚ
وَاللَّهُ يُقَدِّرُ الَّيْلَ وَالنَّهَارَ ۚ عَلِمَ أَن لَّن تُحْصُوهُ

فَتَابَ عَلَيْكُمْ ۖ فَاقْرَءُوا مَا تَيَسَّرَ مِنَ الْقُرْآنِ ۚ
عَلِمَ أَن سَيَكُونُ مِنكُم مَّرْضَىٰ ۙ وَآخَرُونَ يَضْرِبُونَ

فِي الْأَرْضِ يَبْتَغُونَ مِن فَضْلِ اللَّهِ ۙ وَآخَرُونَ
يُقَاتِلُونَ فِي سَبِيلِ اللَّهِ ۖ فَاقْرَءُوا مَا تَيَسَّرَ مِنْهُ ۚ وَ

أَقِيمُوا الصَّلَوٰةَ وَآتُوا الزَّكَوٰةَ وَأَقْرِضُوا اللَّهَ قَرْضًا
حَسَنًا ۚ وَمَا تُقَدِّمُوا لِأَنفُسِكُم مِّنْ خَيْرٍ تَجِدُوهُ

عِندَ اللَّهِ هُوَ خَيْرًا وَأَعْظَمَ أَجْرًا ۚ وَاسْتَغْفِرُوا
اللَّهَ ۖ إِنَّ اللَّهَ غَفُورٌ رَّحِيمٌ ۝٢٠

## سُوْرَةُ الْمُدَّثِّرِ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ৭৪ অল-মুদ্দসসির

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৫৭ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ○

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

يٰٓاَيُّهَا الْمُدَّثِّرُ ○

২। হে ইন্নফি কুরুম্নবা !

قُمْ فَاَنْذِرْ ○

৩। হৌগৎলো অমসুং খঙহল্লু,

وَرَبَّكَ فَكَبِّرْ ○

৪। অমসুং প্রচার তৌ নংগী মপুগী মতিক অচৌবা,

وَثِيَابَكَ فَطَهِّرْ ○

৫। অসুং শেংদোকও নংগী শেৎ-ইন্নবা ফিরোল,

وَالرُّجْزَ فَاهْجُرْ ○

৬। অমসুং থাদোকও তুক্কচবা পোৎ পুম্নমক,

وَلَا تَمْنُنْ تَسْتَكْثِرُ ○

৭। অমসুং উৎকনু চানবিবগী থবক (অতোপ্পদা) ওইজ-ওইথক ফংনবগী (আশা তৌদুনা),

وَلِرَبِّكَ فَاصْبِرْ ○

৮। অমসুং নংগী মপুগীদমক নং খাংবা কল্লু (মীশিংনা ওৎ-নৈবা)।

فَاِذَا نُقِرَ فِى النَّاقُوْرِ ○

৯। অদুগা পেরে শিঙ্গা খোঙলকপা মতমদা,

فَذٰلِكَ يَوْمَئِذٍ يَّوْمٌ عَسِيْرٌ ○

১০। নুমিৎ অদু ওইগনি শাথীনা নংলবা নুমিৎ,

عَلَى الْكٰفِرِيْنَ غَيْرُ يَسِيْرٍ ○

১১। লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগীদি মদু ওইগনি পোথাফম-খঙদবা।

ذَرْنِىْ وَمَنْ خَلَقْتُ وَحِيْدًا ○

১২। থাদোকও ঐঙোন্দ' থবক তৌনবা মহাকপু—ঐনা শেম্বিখি মহাকপু মথন্তা,

وَّجَعَلْتُ لَهٗ مَالًا مَّمْدُوْدًا ○

১৩। অমসুং ঐনা পীখি মহাকপু য়াম্না ললয়াম,

وَّبَنِيْنَ شُهُوْدًا ○

১৪। অমসুং (পীখি) মচা পিবাশিং (মতম খুদিংমক্তা) মনাক্তা লৈবা,

وَّمَهَّدْتُّ لَهٗ تَمْهِيْدًا ○

১৫। অমসুং শেম্বিখি মহাক্কী (পুন্সি) রাত্ত-পাদনা নুংঙাইবা শরুক্নবা,

ثُمَّ يَطْمَعُ اَنْ اَزِيْدَ ○

১৬। মওং মতাদুদা মহাকনা পামখি খরদুম হেন্না (মহাকপু) পীবা।

| | |
|---|---|
| ১৭। (মদু) শুপয়া-য়ারোই! তশেংবমক মহাক য়েক্লবা মীনি ঐখোইগী পাওজেনশিংগী। | كَلَّا ۖ إِنَّهُ كَانَ لِآيَاتِنَا عَنِيدًا ﴿١٦﴾ |
| ১৮। ঐনা থুনা থোনগৎপিগনি মহাক্কী মথক্তা শাথীনা অৱাবা। | سَأُرْهِقُهُ صَعُودًا ﴿١٧﴾ |
| ১৯। য়েংউ! মহাকনা ৱাখল খনখি অমসুং থৌরাংখি, | إِنَّهُ فَكَّرَ وَقَدَّرَ ﴿١٨﴾ |
| ২০। মহাক মাঙলসনু! করম্না মহাকনা থৌরাংখিবা! | فَقُتِلَ كَيْفَ قَدَّرَ ﴿١٩﴾ |
| ২১। অমুকহন্না, মহাক মাঙলসনু! করম্না মহাকনা থৌরাংখিবা! | ثُمَّ قُتِلَ كَيْفَ قَدَّرَ ﴿٢٠﴾ |
| ২২। অদুগী তুংদা মহাকনা কোয়না য়েংলম্মী, | ثُمَّ نَظَرَ ﴿٢١﴾ |
| ২৩। অদুগী তুংদা মহাক পিশুম-শুকলম্মী অমসুং (মায়তা) শুক্তোকলম্মী, | ثُمَّ عَبَسَ وَبَسَرَ ﴿٢٢﴾ |
| ২৪। অদুগী তুংদা মহাক তুং হন্দোকলম্মী অমসুং অথোই-নাপলনদুনা কামখৎলম্মী, | ثُمَّ أَدْبَرَ وَاسْتَكْبَرَ ﴿٢٣﴾ |
| ২৫। অদুগী মতমদা হায়খি ঃ "মসি করিসু নত্তে জাদুনি তৌরকলিবা থাইনদগী, | فَقَالَ إِنْ هَٰذَا إِلَّا سِحْرٌ يُؤْثَرُ ﴿٢٤﴾ |
| ২৬। (অমুকসু হায়খি) মসি করিসু নত্তে তৌইগুম্বসুং তাইবঙ মীগী ৱাহৈনি। | إِنْ هَٰذَا إِلَّا قَوْلُ الْبَشَرِ ﴿٢٥﴾ |
| ২৭। ঐনা থুনা হুনজনবিগনি মহাকপু তুম্না চাকথেকপা নরক্কী মৈকোনদা। | سَأُصْلِيهِ سَقَرَ ﴿٢٦﴾ |
| ২৮। অদুগা করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু নরক্কী মৈকোন হায়বদি করিনো? | وَمَا أَدْرَاكَ مَا سَقَرُ ﴿٢٧﴾ |
| ২৯। (মৈ অমনি) মদুনা থাক্তে করিমতা (মাঙহন্দনা) নত্তগা মদুনা থাদোক্তে করিমতা (চাকথেক্তনা)। | لَا تُبْقِي وَلَا تَذَرُ ﴿٢٨﴾ |
| ৩০। মদুনা চাকথেকই তাইবঙ মীবু (পুম থিৎনা ৱাহন্দুনা) : | لَوَّاحَةٌ لِّلْبَشَرِ ﴿٢٩﴾ |
| ৩১। মদুগী মথক্তা লৈ (ভাক্লবা স্বর্গ দূত) তরামাপন। | عَلَيْهَا تِسْعَةَ عَشَرَ ﴿٣٠﴾ |

وَمَا جَعَلْنَآ أَصْحٰبَ النَّارِ إِلَّا مَلٰٓئِكَةً ۙ وَّمَا جَعَلْنَا عِدَّتَهُمْ إِلَّا فِتْنَةً لِّلَّذِينَ كَفَرُوا ۙ لِيَسْتَيْقِنَ الَّذِينَ أُوتُوا الْكِتٰبَ وَيَزْدَادَ الَّذِينَ ءَامَنُوٓا إِيمٰنًا ۙ وَّلَا يَرْتَابَ الَّذِينَ أُوتُوا الْكِتٰبَ وَالْمُؤْمِنُونَ ۙ وَلِيَقُولَ الَّذِينَ فِى قُلُوبِهِم مَّرَضٌ وَالْكٰفِرُونَ مَاذَآ أَرَادَ اللَّهُ بِهٰذَا مَثَلًا ۚ كَذٰلِكَ يُضِلُّ اللَّهُ مَن يَشَآءُ وَيَهْدِى مَن يَشَآءُ ۚ وَمَا يَعْلَمُ جُنُودَ رَبِّكَ إِلَّا هُوَ ۚ وَمَا هِىَ إِلَّا ذِكْرٰى لِلْبَشَرِ

৩১। অদুগা ঐখোইনা হাপখিদে স্বর্গ দূত নত্তবা কনামতবু শঙলাকপা ওইনা থাম্বি মৈকোমগী, অমসুং ঐখোইনা লেপখিদে মখোইগী মশিং চাং য়েংনবগী নত্তনা অচুম্বা থাজদবশিংগীদমক্তা, অদুনা কিতাব (হান্না) পীপ্রবশিংনা থাজনবা (কিতাব অসিগী অচুম্বদা), অমসুং (অচুম্বা) থাজবশিংনা হেনগৎনবা ধর্ম্ম থাজবদা, অমসুং কিতাব পীপ্রবশিং অমসুং অচুম্বা থাজবশিংনা চিংনবা শরুক্কদনবা (তুংদা); অমসুং মথম্মোই-নুংশিংদা অনাবা পকপশিং অমসুং অচুম্বা থাজদবশিংনা হায়নবাঃ "অল্লাহনা করি ওইহন্নীংলিবা মান্নবা মতৌ উৎপা অসিনা?" অসুম্না অল্লাহনা লম্মুক্কহল্লি মহাকনা তৌবিনীংববু অমসুং লমজিংবি মহাকনা অপাম্ববু। অদুগা কনা অমতনা খঙদে নংগী মপুগী লান্মী ভেঙ্গোল মহাক নত্তনা। অদুগা মসি করিসু নত্তে নীংশিঙহল্লিবা পোৎ অমা নত্তনা মীওইবশিংদা।

২ শুবা রুকূ

كَلَّا وَالْقَمَرِ

وَاللَّيْلِ إِذْ أَدْبَرَ

وَالصُّبْحِ إِذَآ أَسْفَرَ

إِنَّهَا لَإِحْدَى الْكُبَرِ

نَذِيرًا لِّلْبَشَرِ

لِمَن شَآءَ مِنكُمْ أَن يَتَقَدَّمَ أَوْ يَتَأَخَّرَ

كُلُّ نَفْسٍۭ بِمَا كَسَبَتْ رَهِينَةٌ

إِلَّآ أَصْحٰبَ الْيَمِينِ

فِى جَنّٰتٍ يَتَسَآءَلُونَ

৩৩। মদু নত্তে, কসমনি চন্দ্র থাগী,

৩৪। অমসুং অহিংগী মানা চৎখিবগী,

৩৫। অমসুং নোংঙাল্লকপগী মানা ঙান্থোর-কপগী,

৩৬। তশেংবমক, মসি খ্বাইদগী হেন্না চাওবা (খুদোংথীবা) অমনি,

৩৭। চেকশন্নবা হায়বিবনি মীওইবশিংদা।

৩৮। নখোইগী মরক্তা কনাগুম্বনা মাং থানীং-লবদি নত্রগা তুং লৈথহৌনীংলবদি,

৩৯। (খঙজু) থরাই খুদিংমক বন্ধকনি মানা মানা কমায়খিবা (থবকশিং)গী,

৪০। নত্তনা য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিংদো।

৪১। মখোই লৈগনি হৈকোন-লৈকোনশিংদা ব্রা হংদুনা—

৪২। (নরক মৈকোমদা লৈবা) মরাল লৈরবশিংদগী.

عَنِ الْمُجْرِمِينَ ٤١

৪৩। "করম্বা (তারানবা) মরম্না তাহল্লকলিবা নখোইবু তুম্না চাকথেকপা খাম্বী মৈকোমদা ?"

مَا سَلَكَكُمْ فِي سَقَرَ ٤٢

৪৪। মখোইনা পাওখুমগনি : "ঐখোই নমাজ তৌরমদবশিংনি.

قَالُوا لَمْ نَكُ مِنَ الْمُصَلِّينَ ٤٣

৪৫। "নত্রগা ঐখোইনা পিজ-পিথকলমদে লৈত-লাইরবশিংবু.

وَلَمْ نَكُ نُطْعِمُ الْمِسْكِينَ ٤٤

৪৬। "অমসুং ঐখোই রারেম শুরম্মী লোয়ননা রারেম শুবশিংগা.

وَكُنَّا نَخُوضُ مَعَ الْخَائِضِينَ ٤٥

৪৭। "অমসুং ঐখোইনা য়ারমদে রায়েল বিচারগী নুমিৎপু.

وَكُنَّا نُكَذِّبُ بِيَوْمِ الدِّينِ ٤٦

৪৮। "অশিবনা শংকা-কাদরিনা ফাওবা ঐখোইবু।"

حَتَّىٰ أَتَانَا الْيَقِينُ ٤٧

৪৯। মরমসিনা রালোম্পীবশিংগী হায়বিবনা কান্নবা পীররোই মখোইবু।

فَمَا تَنفَعُهُمْ شَفَاعَةُ الشَّافِعِينَ ٤٨

৫০। করি তৌরবগে মখোইনা নমায় ওথোক-লিবসিবু পাওমেন্দগী.

فَمَا لَهُمْ عَنِ التَّذْكِرَةِ مُعْرِضِينَ ٤٩

৫১। ওইবগী মতাগুম্না মখোই কি-খংহনবিরবা গাধাশিং—

كَأَنَّهُمْ حُمُرٌ مُّسْتَنفِرَةٌ ٥٠

৫২। (খঙচেন) চেনখিবা নোংশাদগী ?

فَرَّتْ مِن قَسْوَرَةٍ ٥١

৫৩। নত্তে. মী খুদিংমকনা মখোইগী মরক্তগী পামই মদুদি মহাকপু পীগদবনি (ফোংদোকপিবা রাপা ওগী) শন্দোকলবা চেবাংশিং।

بَلْ يُرِيدُ كُلُّ امْرِئٍ مِّنْهُمْ أَن يُؤْتَىٰ صُحُفًا مُّنَشَّرَةً ٥٢

৫৪। মদু ওইবা য়াররোই ! তৌইগুম্বসুং মখোইনা কিদে আখেরতবু।

كَلَّا ۖ بَل لَّا يَخَافُونَ الْآخِرَةَ ٥٣

৫৫। মদু ওইবা য়াররোই ! তশেংবমক. মসি নীংশিঙহল্লিবা পোৎনি (মীওইবা জাতি পুম্নমক্তা) :

كَلَّا إِنَّهُ تَذْكِرَةٌ ٥٤

৫৬। মরমদুনা কনাগুম্বনা লেপনমক পামলবদি মপুকনিং চঙজসনু মসিদা।

فَمَن شَاءَ ذَكَرَهُ ٥٥

وَمَا يَذْكُرُونَ إِلَّا أَن يَشَاءَ اللَّهُ ۚ هُوَ أَهْلُ التَّقْوَىٰ وَأَهْلُ الْمَغْفِرَةِ

৫৭। তৌইগুম্বসুং মখোইনা মপুকনিং চঙলোই অল্লাহনা চানবিবা নত্তবদি। মহাক্তি মতিকচাবনি কিনা লূনা (ভক্তি তৌবদা) অমসুং মতিকচাবনি কোকপিবদা (অয়োন- অরান পুম্নমক)।



سُورَةُ الْقِيٰمَةِ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ৭৫ — অল-কিয়ামত

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৪১ নি)

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

لَا أُقْسِمُ بِيَوْمِ الْقِيَامَةِ

২। নত্তে, ঐনা ৱাশকলি কিয়ামত নুমিংকী!

وَلَا أُقْسِمُ بِالنَّفْسِ اللَّوَّامَةِ

৩। অমসুং নত্তে, ঐনা ৱাশকলি মশানা মশাবু মরাল শীজবা থৱাইগী (মদুদি ৱায়েল বিচারগী নুমিৎ শোয়দ্রবনি)।

أَيَحْسَبُ الْإِنسَانُ أَلَّن نَّجْمَعَ عِظَامَهُ

৪। মীনা খনব্রা ঐখোইনা পুল্লপ পুনশিনবিরোই মহাক্কী শরূশিং ?

بَلَىٰ قَادِرِينَ عَلَىٰ أَن نُّسَوِّيَ بَنَانَهُ

৫। অওইবমক, ঐখোই শক্তি লৈবনি পুল্লপ পুনশিনবা মহাক্কী খুৎশা-মতোন ফাওবা।

بَلْ يُرِيدُ الْإِنسَانُ لِيَفْجُرَ أَمَامَهُ

৬। তৌইগুম্বসুং মীনা ফওরম লম্বীননীংই মহাক্কী মমাং (গী পুন্সি খোঙকন)দা।

يَسْأَلُ أَيَّانَ يَوْمُ الْقِيَامَةِ

৭। মহাকনা(করেম্নদুনা) হংই ঃ "কিয়ামত নুমিৎ কদৌঙৈ ওইগনি ?"

فَإِذَا بَرِقَ الْبَصَرُ

৮। মতমদুদা মিৎ থকহনবিগনি,

وَخَسَفَ الْقَمَرُ

৯। অমসুং থা মমহনখ্রগনি (গ্রহণ লাক্কনি),

وَجُمِعَ الشَّمْسُ وَالْقَمَرُ

১০। অমসুং নুমিৎ অমসুং থা পুল্লপ্না পুনশনখ্রগনি,

يَقُولُ الْإِنسَانُ يَوْمَئِذٍ أَيْنَ الْمَفَرُّ ﴿١٠﴾

১১। নুমিৎ অদুদা মীনা (তৌফম করিমতা খঙদনা) হায়গনি ঃ "(হৌজিক) কদায়দা চেনগনি ?"

كَلَّا لَا وَزَرَ ﴿١١﴾

১২। (চেনবা) শুপয়া-য়ারোই ! লৈতে চঙজফম (করিগুম্বা মফমর্দসু) !

إِلَىٰ رَبِّكَ يَوْمَئِذٍ الْمُسْتَقَرُّ ﴿١٢﴾

১৩। নংগী মপুগী মনাক্তনি চঙজফম হায়ববু নুমিৎ অদুদা।

يُنَبَّأُ الْإِنسَانُ يَوْمَئِذٍ بِمَا قَدَّمَ وَأَخَّرَ ﴿١٣﴾

১৪। নুমিৎ অদুদা মীবু খঙহনবিগনি মহাকনা থাখিবা (থবকশিং) মমাংদা অমসুং থরমখিবা মতুংদা।

بَلِ الْإِنسَانُ عَلَىٰ نَفْسِهِ بَصِيرَةٌ ﴿١٤﴾

১৫। তৌইগুম্বসুং মী মশানা সাক্ষীনি মশাগী মায়োক্তা,

وَلَوْ أَلْقَىٰ مَعَاذِيرَهُ ﴿١٥﴾

১৬। মহাকনা হায়জরবসু (কয়ারক হন্না) মরাল ঙাকপিনবগী (মদু শুপাত্তা-তাবিরোই)।

لَا تُحَرِّكْ بِهِ لِسَانَكَ لِتَعْجَلَ بِهِ ﴿١٦﴾

১৭। নরৈত্তোন খৎকনু (কুরআনগী য়াপাও ফোংদোকপিরকপা মপুং ফাদরিঙে মমাংদা) তহা-তহা (চীনফা পুনীংদুনা) মদু।

إِنَّ عَلَيْنَا جَمْعَهُ وَقُرْآنَهُ ﴿١٧﴾

১৮। তশেংবমক ঐখোইগী দায়ীনি (মদুগী আয়াতশিং) পুনশিনবা অমসুং (নংবু তম্বিবা চুম্না) পাবা মদু।

فَإِذَا قَرَأْنَاهُ فَاتَّبِعْ قُرْآنَهُ ﴿١٨﴾

১৯। মরমদুনা ঐখোইনা পাথোক্লবদা মদু, (নংঙোন্দা), নং তুং ইন্দুনা থীথৌ মদু।

ثُمَّ إِنَّ عَلَيْنَا بَيَانَهُ ﴿١٩﴾

২০। অদুগী তুংদা ঐখোইগী দায়ীনি অর্থ শন্দোক্লা তাকপা মদুগী।

كَلَّا بَلْ تُحِبُّونَ الْعَاجِلَةَ ﴿٢٠﴾

২১। নত্তে, তৌইগুম্বসুং নখোইনা পামই তাইবঙ পুন্সি,

وَتَذَرُونَ الْآخِرَةَ ﴿٢١﴾

২২। অমসুং নখোইনা থৌওইদে শিরবা মতুংগী পুন্সিবু।

وُجُوهٌ يَوْمَئِذٍ نَّاضِرَةٌ ﴿٢٢﴾

২৩। মায় খরদি নুমিৎ অদুদা ঈলং-লংগনি (হরাওদুনা),

২৪। (থরাই য়াওনা) য়েংগনি মখোইগী মপুগী মায়কৈরোমদা ;

إِلَىٰ رَبِّهَا نَاظِرَةٌ ﴿٢٣﴾

২৫। তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা মায় খরদি নুমিৎ অদুদা শুকথগনি,

وَوُجُوهٌ يَوْمَئِذٍ بَاسِرَةٌ ﴿٢٤﴾

২৬। (মখোইনা) খনগনি নম-তেকপা অরাবা অমা থোক্কদৌরি মখোইদা।

تَظُنُّ أَن يُفْعَلَ بِهَا فَاقِرَةٌ ﴿٢٥﴾

২৭। নত্তে, (শিগদৌরবা মীগী থরাইনা) কাখৎলকপদা থৌরী য়ৌনা,

كَلَّا إِذَا بَلَغَتِ التَّرَاقِيَ ﴿٢٦﴾

২৮। (অকোয়বদা ফমলিবশিংনা) অসি হায়গনি ঃ "কনানো জাদু-মন্ত্র হৈবা মী (হৌজিক কনবা ঙম্বা মহাকপু) ?"

وَقِيلَ مَنْ ۜ رَاقٍ ﴿٢٧﴾

২৯। অদুগা মহাকনা খল্লি মসি (শোয়দ্রবা পুংফমনি) খোঙশানবগী (সংসার অসিদগী).

وَظَنَّ أَنَّهُ الْفِرَاقُ ﴿٢٨﴾

৩০। অমসুং (মহাক্কী মথক্তা) খোমজ্জল্লক্কনি অরাবগী মথক্তা অরাবা,

وَالْتَفَّتِ السَّاقُ بِالسَّاقِ ﴿٢٩﴾

৩১। নংগী মপুগী মায়কৈদনি নুমিৎ অদুদা হোইজনবিগদৌরিবা।

إِلَىٰ رَبِّكَ يَوْمَئِذٍ الْمَسَاقُ ﴿٣٠﴾

২ শুবা রুকূ

৩২। মরমদুনা (নিন্দা তৌদুনত: লৈবা) মহাকনা য়াখিদে অচুম্বা (পাওজেন) নত্ত্রগা তৌখিদে নমাজ,

فَلَا صَدَّقَ وَلَا صَلَّىٰ ﴿٣١﴾

৩৩। তৌইগুম্বসুং মহাকনা (মরাল শীখি অল্লাহগী রসুলগী মথক্তা) অমসুং তুং হন্দোকখি (মহাক্কী ময়াথং ইনবদগী) ;

وَلَٰكِن كَذَّبَ وَتَوَلَّىٰ ﴿٣٢﴾

৩৪। অদুগী তুংদা মহাকনা চৎখি মহাক্কী মরী-মতাগী মনাক্তা, পোংথোক চাউথোক্কুনা।

ثُمَّ ذَهَبَ إِلَىٰ أَهْلِهِ يَتَمَطَّىٰ ﴿٣٣﴾

৩৫। (অদুদা ঐখোইনা হায়বিখি ঃ) নংদি মাঙলেদনা ! মরমদুনা নংদি মাঙলেদনা তাইবঙ পুন্সি খোঙফমদা) !

أَوْلَىٰ لَكَ فَأَوْلَىٰ ﴿٣٤﴾

৩৬। অমুকহন্না নংদি মাঙলেদনা ! মরমদুনা নংদি মাঙলেদনা (শিরবা মতুংগী পুন্সিদা) !

ثُمَّ أَوْلَىٰ لَكَ فَأَوْلَىٰ ﴿٣٥﴾

أَيَحْسَبُ الْإِنسَانُ أَن يُتْرَكَ سُدًى ٣٦

৩৭। তাইবঙ মীনা খনব্রা মহাকপু হেক্তমক থাদোকপিরগনি (য়েংশিন থিজিনবিদদুনা) ?

أَلَمْ يَكُ نُطْفَةً مِّن مَّنِيٍّ يُمْنَىٰ ٣٧

৩৮। মহাকপু ওইখিদব্রা মহিক অমা (অঙাং শানবা নিপাগী) মহী থাদোরকখিবদা ?

ثُمَّ كَانَ عَلَقَةً فَخَلَقَ فَسَوَّىٰ ٣٨

৩৯। অদুগী তুংদা মহাক ওইখি ফমজল্লবা ঈ মতুম অমা (মমাগী গর্ভনুংদা), মতমদুদা অল্লাহনা শেম্মিখি অমসুং মপুং ফাহনবিখি (মহাকপু)।

فَجَعَلَ مِنْهُ الزَّوْجَيْنِ الذَّكَرَ وَالْأُنثَىٰ ٣٩

৪০। অদুগী তুংদা মহাকনা শেমখি মহাক্কী মখল অনি ঃ নিপা অমসুং নুপী।

أَلَيْسَ ذَٰلِكَ بِقَادِرٍ عَلَىٰ أَن يُحْيِيَ الْمَوْتَىٰ ٤٠

৪১। (ঈশিং ফুদা অমদগী নাখোইবু শেম-শাবিখিবা) মহাক শক্তি লৈরোইদ্রা হিংগৎহনবা অশিববু ?




অল-দহর সূরহ ৭৬

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৩১ নি)

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

هَلْ أَتَىٰ عَلَى الْإِنسَانِ حِينٌ مِّنَ الدَّهْرِ لَمْ يَكُن شَيْئًا مَّذْكُورًا ١

২। লৈখিদব্রা তাইবঙ মীদা অকুইবা মতম অমা মদুদা মহাক (পল্লেমগী গর্ভনুংদা লৈরিঙৈদা) করিস্ ওইখিদবা পনবা (কাওব)দা মতিকচাদবা ?

إِنَّا خَلَقْنَا الْإِنسَانَ مِن نُّطْفَةٍ أَمْشَاجٍ نَّبْتَلِيهِ فَجَعَلْنَاهُ سَمِيعًا بَصِيرًا ٢

৩। অশেংবনক, ঐখোইনা শেমখি তাইবঙ মীবু অঙাং শানবা নিপাগী বীর্য্যদগী তিনশন্নদুনা (অঙাং শানবা নুপীগী রক্তগা) অদুনা ঐখোইনা চাং য়েংনবা মহাকপু; মরমদুনা ঐখোইনা শেম্মিখি মহাকপু তাবা ফংবা অমসুং উবা ফংবা।

৪। তশেংবমক, ঐখোইনা উহনবিখি মহাকপু (অচুম্বা) লম্বী, মহাকনা তৌবিমল খঙলবসু নত্রগা খঙদ্রবসু (ঐখোইগী থৌজালশিং)।

إِنَّا هَدَيْنَٰهُ ٱلسَّبِيلَ إِمَّا شَاكِرًا وَإِمَّا كَفُورًا ۝

৫। তশেংবমক, ঐখোইনা থৌরাং তৌবিখ্রে তৌবিমল খঙদবশিংগীদমক জিঞ্জুরশিং অমসুং য়োৎকী ঙকয়েংশিং অমসুং ড্রুং-ড্রুং চাকপা খাম্বি মৈ।

إِنَّآ أَعْتَدْنَا لِلْكَٰفِرِينَ سَلَٰسِلَا۟ وَأَغْلَٰلًا وَسَعِيرًا ۝

৬। তৌইগুম্বসুং পুণ্য লৈবশিংনা থক্কনি তেঙ্গোৎ অমা, কর্পূর চাইশিল্লবা—

إِنَّ ٱلْأَبْرَارَ يَشْرَبُونَ مِن كَأْسٍ كَانَ مِزَاجُهَا كَافُورًا ۝

৭। (তেঙ্গোৎ অদু কংবা নাইদবা) ঈফুৎনি মদুদগী অল্লাহগী মনাইশিংনা থক্কনি (হাউনা থুম্না অমসুং পুকনিং পেন্না), মদু চেংথোকহল্লি তরং ঈচেন্নবা।

عَيْنًا يَشْرَبُ بِهَا عِبَادُ ٱللَّهِ يُفَجِّرُونَهَا تَفْجِيرًا ۝

৮। মখোইনা পুরা তৌই (মখোইগী) রাশক, অমসুং কিজে (মহাপ্রলয়) নুমিৎপু মদুগী ফত্তবা শক্লেদি শরা শল্লি।

يُوفُونَ بِٱلنَّذْرِ وَيَخَافُونَ يَوْمًا كَانَ شَرُّهُۥ مُسْتَطِيرًا ۝

৯। অদুগা মখোইনা পিজে, নুংশিবদগী অল্লাহবু, লাইরববু অমসুং পীতৎ-পাতৎপা মচাবু অমসুং লানফাবু—

وَيُطْعِمُونَ ٱلطَّعَامَ عَلَىٰ حُبِّهِۦ مِسْكِينًا وَيَتِيمًا وَأَسِيرًا ۝

১০। (অসি হায়দুনা ঃ) "ঐখোইনা পিজে নখোইবু অল্লাহনা পেনবিনবগীদমক্তা ; ঐখোইনা পামজদে মনা-মথিন নত্রগা থাগৎপা নখোইদগী।

إِنَّمَا نُطْعِمُكُمْ لِوَجْهِ ٱللَّهِ لَا نُرِيدُ مِنكُمْ جَزَآءً وَلَا شُكُورًا ۝

১১। "তশেংবমক, ঐখোইনা কিজে ঐখোইগী মপুদগী লায়বকথীবা, অরাবগী মশক ওইবা নুমিৎ অমা।"

إِنَّا نَخَافُ مِن رَّبِّنَا يَوْمًا عَبُوسًا قَمْطَرِيرًا ۝

১২। মরমদুনা অল্লাহনা ঙাকপিগনি মখোইবু ফত্তবদগী নুমিৎ অদুগী, অমসুং পীবিগনি মখোইবু হরাওবা (মায়গী) অমসুং নুংঙাইবা পুকনিংগী ;

فَوَقَىٰهُمُ ٱللَّهُ شَرَّ ذَٰلِكَ ٱلْيَوْمِ وَلَقَّىٰهُمْ نَضْرَةً وَسُرُورًا ۝

১৩। অমসুং মহাকনা পীবিগনি মখোইবু, মখোইনা খাংবা কল্লম্বগী, হৈকোন লৈকোন অমা অমসুং রেশম (গী) ফিজোন,

وَجَزَىٰهُم بِمَا صَبَرُوا۟ جَنَّةً وَحَرِيرًا ۝

مُتَّكِـِٕيْنَ فِيْهَا عَلَى الْاَرَآئِكِ لَا يَرَوْنَ فِيْهَا شَمْسًا وَّلَا زَمْهَرِيْرًا

১৪। মদুগী মনুংদা (মখোই) হিপথগনি (নুংঙাইখ্রবা) গদ্দী মথক্তা, মখোই খঙলোই মফম অদুদা (কা হেনবা) নুংশা-মৈশা নত্রগা য়াম্না অঙ্গৈংবা।

وَدَانِيَةً عَلَيْهِمْ ظِلٰلُهَا وَذُلِّلَتْ قُطُوْفُهَا تَذْلِيْلًا

১৫। অদুগা (মফম-মফমদা হৌরিবা হৈপাম্বী-শিংগী) মরুম-মরাং নক্না তাগনি মখোইগী মথক্তা অমসুং মদুগী উহৈ চরোংশিং য়াংথগনি লাম্বা ফংনা (মী খুদিংনা)।

وَيُطَافُ عَلَيْهِمْ بِاٰنِيَةٍ مِّنْ فِضَّةٍ وَّاَكْوَابٍ كَانَتْ قَوَارِيْرَا

১৬। অদুগা (সেবারোইশিং) চৎকনি মখোইগী আকোয়বদা পুদুনা চান্দিগী (ঈশিং থক্কবা) পাত্রশিং অমসুং লিক্লাইগী খৎপায়কম য়া ওন্বা গিলাসশিং,

قَوَارِيْرَا مِنْ فِضَّةٍ قَدَّرُوْهَا تَقْدِيْرًا

১৭। (ফজবদা অমসুং লংবদা) লিক্লাই মানবা চান্দি(না শাব)নি, মদুগী মওং) মখোই (মশামক)না লেপকনি মখোইগী (অফবা থবকশিংগী) চাং মতুংইন্না।

وَيُسْقَوْنَ فِيْهَا كَاْسًا كَانَ مِزَاجُهَا زَنْجَبِيْلًا

১৮। অদুগা মদুগী মনুংদা মখোইবু পিথক্কনি কপ অমা 'জনজবীল' (শিং) য়ানশিল্লনা;

عَيْنًا فِيْهَا تُسَمّٰى سَلْسَبِيْلًا

১৯। (মদু রা-রা-রা হাদোরকপা ঈশিংগী কপনি) ঈফুৎ অমগী (স্বর্গ লৈকোন মনুং অদুদা) মমিং 'সলসবীল' কৌই।

وَيَطُوْفُ عَلَيْهِمْ وِلْدَانٌ مُّخَلَّدُوْنَ اِذَا رَاَيْتَهُمْ حَسِبْتَهُمْ لُؤْلُؤًا مَّنْثُوْرًا

২০। অদুগা ঙাইদুনা লৈবা নৌ-জরান সেবারোইশিং মতম চুপ্পা পোমশাৎনদুনা লৈগদৌবনা চত্বুনা লৈগনি (সেবাগী) মখোইগী আকোয়বদা। নংনা উবদা মখোইবু নংনা খনগনি নুক্তাশিং চাইথোক্নুনা লৈবগুম।

وَاِذَا رَاَيْتَ ثَمَّ رَاَيْتَ نَعِيْمًا وَّمُلْكًا كَبِيْرًا

২১। অদুগা নংনা য়েংবদা মফম অদুদা নংনা উগনি নুংঙাই য়াইফবা অমসুং (অঙকপা ফংনা নিংথীজখ্রবা) অচৌবা নিংথৌ লৈবাক।

عٰلِيَهُمْ ثِيَابُ سُنْدُسٍ خُضْرٌ وَّاِسْتَبْرَقٌ وَّحُلُّوْٓا

২২। মখোইদা শেৎপিগনি অশংবা ফিজোনশিং ফজখ্রবা রেশমগী অমসুং (থাঙমদনা নিংথীজখ্রবা) সনা-হৎপা ফি, অমসুং মখোইবু শিজনবিগনি লুপাগী খুজিশিং; অমসুং মখোইগী

اَسَاوِرَ مِنْ فِضَّةٍ ۚ وَسَقٰهُمْ رَبُّهُمْ شَرَابًا طَهُوْرًا ۝٢١

মপুনা পিথক্কনি মখোইবু (অমৃতগুম্বা) অশেংবা মহী অমা।

اِنَّ هٰذَا كَانَ لَكُمْ جَزَآءً وَّكَانَ سَعْيُكُمْ مَّشْكُوْرًا ۝٢٢ ع

২৩। (মখোইদা অসি হায়বিগনি :) "তশেংনমক মসি নখোইগী মনা-মথিল্লি অমসুং নখোইগী (তাইবঙ-পুন্সি খোঙফমদা) হোৎনবদু শীংথানবিরে (অল্লাহগী মনাক্তা)।"

২ শুবা রুকূ

اِنَّا نَحْنُ نَزَّلْنَا عَلَيْكَ الْقُرْاٰنَ تَنْزِيْلًا ۝٢٣

২৪। তশেংবমক, ঐখোইনা থাবিখি নংঙোন্দা কুরআন মচেৎ মচেৎ ওইনা ;

فَاصْبِرْ لِحُكْمِ رَبِّكَ وَلَا تُطِعْ مِنْهُمْ اٰثِمًا اَوْ كَفُوْرًا ۝٢٤

২৫। মরমদুনা ঙাইয়ু অখাংকনবগা লোয়ননা নংগী মপুগী ৱায়েল, অমসুং হায়বা ইনগনু পাপী নত্তগা তৌবিমল খঙদবা কনামতগী মখোই (নিন্দা তৌদুনতা লৈবশিং)গী মরক্তগী ;

وَاذْكُرِ اسْمَ رَبِّكَ بُكْرَةً وَّاَصِيْلًا ۝٢٥

২৬। অমসুং নীংশিঙভু নংগী মপুগী মমিং অয়ুক অঙনবদা অমসুং সন্ধ্যা মতমদা ;

وَمِنَ الَّيْلِ فَاسْجُدْ لَهٗ وَسَبِّحْهُ لَيْلًا طَوِيْلًا ۝٢٦

২৭। অমসুং অহিংগী শরুক অমদা সজদহ তৌ মহাক্কী মমাংদা অমসুং শৈশকও মহাক্কী মতিক মঙাল থাগত্তুনা অহিংদা মতম কুইনা।

اِنَّ هٰٓؤُلَآءِ يُحِبُّوْنَ الْعَاجِلَةَ وَيَذَرُوْنَ وَرَآءَهُمْ يَوْمًا ثَقِيْلًا ۝٢٧

২৮। তশেংবমক, (নংগী য়েক্লবশিং) মখোইসিনা (থোইদোক্লা) পামশল্লি খাঙুথক্কী পুন্সিবু অমসুং মখোইনা থৌওইদে শাথীনা নংলবা নুমিৎ অমা (ৱায়েল বিচারগী) মখোইগী মমাংদা লৈরিববু।

نَحْنُ خَلَقْنٰهُمْ وَشَدَدْنَآ اَسْرَهُمْ ۚ وَاِذَا شِئْنَا بَدَّلْنَآ اَمْثَالَهُمْ تَبْدِيْلًا ۝٢٨

২৯। ঐখোইনা শেম-শাবিখি মখোইবু অমসুং মপাঙ্গল কনহনবিখি মখোইগী তাংশমশিংবু; অমসুং ঐখোইনা পাম্বা মতমদা ঐখোইনা ঙম্মি মহুৎ শীন্দোকপা মখোইগুম্ববু পুমশীন-শীন্দোক্নুনা।

اِنَّ هٰذِهٖ تَذْكِرَةٌ ۚ فَمَنْ شَآءَ اتَّخَذَ اِلٰى رَبِّهٖ سَبِيْلًا ۝٢٩

৩০। তশেংবমক, মসি নীংশিঙহল্লিবা পোৎনি; মরমদুনা কনাগুম্বা অপাম্বা মহাকনা খোঙফম্ন-জসনু (অচুম্বা) লম্বী মহাক্কী মপু (চুমদ্রিং) য়ৌবা।

وَمَا تَشَآءُوْنَ اِلَّآ اَنْ يَّشَآءَ اللّٰهُ ۗ اِنَّ اللّٰهَ كَانَ

৩১। তৌইগুম্বসুং নখোইনা পামলোই (করিগুম্বা

عَلِيْمًا حَكِيْمًا ۝

অমতা) অল্লাহনা তৌনীংবা নত্তবদি। তশেংবমক অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

يُّدْخِلُ مَنْ يَّشَآءُ فِىْ رَحْمَتِهٖ ۚ وَالظّٰلِمِيْنَ اَعَدَّ لَهُمْ عَذَابًا اَلِيْمًا ۝

৩২। মহাকনা চঙহল্লি মহাকনা অপাম্বশিংবু মহাক্কী থৌজালদা। অদুগা অরানবা লম্বীন-বশিংগীদমক মহাকনা থৌরাং তৌবিখ্রে অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

سُوْرَةُ الْمُرْسَلٰتِ مَكِّيَّةٌ

অল-মুরসলাত সূরহ ৭৭

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৫১ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالْمُرْسَلٰتِ عُرْفًا ۝

২। কসমনি থাদোকখিবা মখোইদুগী (অমগী মতুংদা অমা) অফবা শন্দোক্লবা,

فَالْعٰصِفٰتِ عَصْفًا ۝

৩। অদুগী তুংদা মখোইনা তকশনবগী (শফুকন্না) তকশন্নীংবনা,

وَّالنّٰشِرٰتِ نَشْرًا ۝

৪। অমসুং মখোইনা শন্দোকপগী (অচুম্বা), ফজনা শন্দোক্কুনা,

فَالْفٰرِقٰتِ فَرْقًا ۝

৫। অদুগী তুংদা মখোইনা খায়দোকপগী (অফ-ফত্তবা) তোখায়-খায়দোক্কুনা,

فَالْمُلْقِيٰتِ ذِكْرًا ۝

৬। অদুগী তুংদা মখোইনা পুবগী নীংশিঙহল্লিবা পোৎ (মায়কৈ থুংনা),

عُذْرًا اَوْ نُذْرًا ۝

৭। মরাল ঙাকপিনবগী (তরাম-তরাম য়াবশিংদা) অমসুং চেকশনহনবগী (নিংঙাইজাও য়াদবশিংবু),

اِنَّمَا تُوْعَدُوْنَ لَوَاقِعٌ ۝

৮। তশেংবমক, (হে নিংঙাইজাওবশিং!) নখোইদা রাশকখিবদু শোয়দনমক থোকলগনি (অমসুং নখোইগী অরাবা নশা শোয়দ্রবনি)।

فَإِذَا النُّجُومُ طُمِسَتْ ٨

৯। মরমদুনা থরানমিচাকশিং (মঙাল) মাঙহনবিখ্রবদা,

وَإِذَا السَّمَاءُ فُرِجَتْ ٩

১০। অমসুং স্বর্গ মচেৎ থোক্লা থুগায়খ্রবদা,

وَإِذَا الْجِبَالُ نُسِفَتْ ١٠

১১। অমসুং চীংজাওশিং পাইথোকহনখ্রবদা,

وَإِذَا الرُّسُلُ أُقِّتَتْ ١١

১২। অমসুং রসুলশিং থোরকহল্লবদা (মখোইগী) লেপখিবা মতমদা—

لِأَيِّ يَوْمٍ أُجِّلَتْ ١٢

১৩। করম্বা নুমিত্তা (ওইরক্কদবা তাকপা খুদম-শিংসি) য়েথোকখ্রবনো ?

لِيَوْمِ الْفَصْلِ ١٣

১৪। (মদু য়েথোকখ্রে) খন্দোক-খায়দোকপগী নুমিত্তা;

وَمَا أَدْرَاكَ مَا يَوْمُ الْفَصْلِ ١٤

১৫। অদুগা করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু খন্দোক-খায়দোকপগী নুমিৎ হায়বদি করিনো ?

وَيْلٌ يَوْمَئِذٍ لِلْمُكَذِّبِينَ ١٥

১৬। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো !

أَلَمْ نُهْلِكِ الْأَوَّلِينَ ١٦

১৭। ঐখোইনা মাঙ-তাকহনখিদব্রা মমাংঙৈদা লৈরম্বা (রারক-য়াদবা) শিংবু ?

ثُمَّ نُتْبِعُهُمُ الْآخِرِينَ ١٧

১৮। অদুগী তুংদা ঐখোইনা (অরানবা লম্বীনবশিংবু) অকোনবগী শুরোন্দগী তুং ইলহনবিখি মখোইগী।

كَذَٰلِكَ نَفْعَلُ بِالْمُجْرِمِينَ ١٨

১৯। অসুম্না ঐখোইনা তৌবি মরাল লৈরবশিংবু।

وَيْلٌ يَوْمَئِذٍ لِلْمُكَذِّبِينَ ١٩

২০। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো !

أَلَمْ نَخْلُقْكُمْ مِنْ مَاءٍ مَهِينٍ ٢٠

২১। শেমখিদব্রা ঐখোইনা (তাইবঙ মী) নখোইবু করিসু লৈতবা মহী অমদগী,

فَجَعَلْنَاهُ فِي قَرَارٍ مَكِينٍ ٢١

২২। মরমদুনা ঐখোইনা থম্বিখি মদু খুদোংথীবা লৈতবা মতেফম অমদা,

إِلَىٰ قَدَرٍ مَعْلُومٍ ٢٢

২৩। অরেপ্পা মতম অমগীদমক ?

فَقَدَرْنَا فَنِعْمَ الْقَادِرُونَ ٢٣

২৪। মরমদুনা ঐখোইনা চপচানা লেপ্পিখি মতম (অঙাং পোকপগী)—কয়াদা নিংথীনা ঐখোইসে মতম লেপ্পা হৈখ্রবা !

وَيْلٌ يَّوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِيْنَ ۝

২৫। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো!

اَلَمْ نَجْعَلِ الْاَرْضَ كِفَاتًا ۝

২৬। শেমখিদব্রা ঐখোইনা পৃথিবীসে চন্নবা—

اَحْيَآءً وَّاَمْوَاتًا ۝

২৭। অহিংবশিং অমসুং অশিবশিং ?

وَّجَعَلْنَا فِيْهَا رَوَاسِيَ شٰمِخٰتٍ وَّاَسْقَيْنٰكُمْ مَّآءً فُرَاتًا ۝

২৮। অদুগা ঐখোইনা থম্বিখি মদুগী মনুংদা অৱাংবা চীংজাওশিং অমসুং পীখি নখোইবু য়াক্তবা ঈশিং থক্নবা।

وَيْلٌ يَّوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِيْنَ ۝

২৯। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো!

اِنْطَلِقُوْٓا اِلٰى مَا كُنْتُمْ بِهٖ تُكَذِّبُوْنَ ۝

৩০। (মখোইদা অসি হায়বিগনি ঃ) "হৌজিক চৎলো নখোইনা মীনশ্বনি হায়জিন্দুনা য়ারমদবা (ৱায়েল-চৈরাক্কী) মায়কৈরোমদা ;

اِنْطَلِقُوْٓا اِلٰى ظِلٍّ ذِيْ ثَلٰثِ شُعَبٍ ۝

৩১। "চৎলো নখোই (নরক্কী মৈখুগী) মমি অহুম (য়ুম্বী মান্না) কাখৎপা অদুগী মায়কৈরোমদা,

لَّا ظَلِيْلٍ وَّلَا يُغْنِيْ مِنَ اللَّهَبِ ۝

৩২। "মদুনা লাংহনবিরোই (নখোইদা) অঙৈংবা উরুম (মৈশাদগী) নত্তগা মদুনা কন্নঙাই ওইরোই-মৈরিদগী।

اِنَّهَا تَرْمِيْ بِشَرَرٍ كَالْقَصْرِ ۝

৩৩। "তশেংবমক, মদুনা থাগৎলক্কনি মৈরিক-শিং (চাওবদা) কিল্লাগুম্বা.

كَاَنَّهٗ جِمٰلَتٌ صُفْرٌ ۝

৩৪। "(মৈরিকশিং) অদু ওইবগী মতাগুম্বনি কোনা মচুগী উটশিং (পরেংশানা থুনা য়াংনা চৎপা)।"

وَيْلٌ يَّوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِيْنَ ۝

৩৫। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো!

هٰذَا يَوْمُ لَا يَنْطِقُوْنَ ۝

৩৬। মসি নুমিৎ অদুনি মদুদা মখোই ৱা ঙাঙলোই (মরাল ঙাকপিনবগী)

وَلَا يُؤْذَنُ لَهُمْ فَيَعْتَذِرُوْنَ ۝

৩৭। নত্তগা মখোইবু য়াথংনবিরোই মরাল ঙাকপিনবগী হায়জবা।

وَيْلٌ يَّوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِيْنَ ۝

৩৮। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো!

هٰذَا يَوْمُ الْفَصْلِ جَمَعْنٰكُمْ وَالْاَوَّلِيْنَ ۝

৩৮। মসিনিদো খন্দোক-খায়দোকপগী নুমিৎ: ঐখোইনা খোমজনবিগনি নখোইবু অমসুং থাইনগী (মী) শিংবুসু (নখোইনা হুনখি হুন্নখিবা অদুগী মহে লোকচনবা)।

فَاِنْ كَانَ لَكُمْ كَيْدٌ فَكِيْدُوْنِ ۝

৩৯। মরমদুনা হৌজিক নখোইগী করি গুস্বা শৌথা লাং লৈজরবদি, শীজন্নৌ মদু ঐগী মায়োক্তা।

وَيْلٌ يَّوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِيْنَ ۝

৪০। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো! ২ শুবা রুকূ

اِنَّ الْمُتَّقِيْنَ فِيْ ظِلٰلٍ وَّعُيُوْنٍ ۝

৪১। তশেংবমক পুণ্য লৈবশিংদি (লৈগনি) উরুম লাংবা অমসুং ঈফুটশিং লৈবা (মফমশিং)গী মরক্তা,

وَّفَوَاكِهَ مِمَّا يَشْتَهُوْنَ ۝

৪২। অমসুং উহৈশিং মখোইনা পাম্বা-পাম্বা (পুশল্লকনি মনাক্তা)।

كُلُوْا وَاشْرَبُوْا هَنِيْٓـًٔۢا بِمَا كُنْتُمْ تَعْمَلُوْنَ ۝

৪৩। (মখোইদা অসি হায়বিগনি ঃ) "চাও অমসুং থকও হরাওনা (নপুকনিং পেন্না) নখোইনা তৌখিবগী (অফবা থবকশিং তাইবঙ পুন্সিদা)।"

اِنَّا كَذٰلِكَ نَجْزِى الْمُحْسِنِيْنَ ۝

৪৪। অসুম্না ঐখোইনা তশেংবমক পীবি মনা-মথিন অফবা খানবশিংদা (অতোপ্পদা)।

وَيْلٌ يَّوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِيْنَ ۝

৪৫। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো!

كُلُوْا وَتَمَتَّعُوْا قَلِيْلًا اِنَّكُمْ مُّجْرِمُوْنَ ۝

৪৬। "(হে অচুম্বা থাজদবশিং! নখোই) চাও (নপুকনিং থুংনা) অমসুং নুংঙাইযু মতম খরদং (কুইদবা তাইবঙ-পুন্সিদা); তশেংবমক নখোই নরাল লৈরবশিংনি।"

وَيْلٌ يَّوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِيْنَ ۝

৪৭। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো!

وَاِذَا قِيْلَ لَهُمُ ارْكَعُوْا لَا يَرْكَعُوْنَ ۝

৪৮। অদুগা মখোইদা অসি হায়বদা ঃ "কোক লুকথদুনা খুরুম্মু (অল্লাহবু)," মখোই মকোক লুকথদে (অমসুং য়াদে ঐখোইগী হুকুম)।

وَيْلٌ يَّوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِيْنَ ۝

৪৯। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো!

৫১। মরমদুনা করম্বা অনৌবা ৱাপাওদা অসিগী মতুংদা, মখোই থাজগে হায়রিবা?

فَبِاَيِّ حَدِيْثٍۭ بَعْدَهٗ يُؤْمِنُوْنَ ۝٥٠

سُوْرَةُ النَّبَاِ مَكِّيَّةٌ (٧٨)

অল-নবা সূরহ ৭৮

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৪১ নি)

সিপারহ ৩০

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝١

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

عَمَّ يَتَسَاۤءَلُوْنَ ۝١

২। করি মরমদনো মখোই অমগা অমগা ৱাঙনরিবদু?

عَنِ النَّبَاِ الْعَظِيْمِ ۝٢

৩। অচৌবা পাওগী মরমদনি,

الَّذِيْ هُمْ فِيْهِ مُخْتَلِفُوْنَ ۝٣

৪। মদুগী মরমদা মখোই মত থেন্নে।

كَلَّا سَيَعْلَمُوْنَ ۝٤

৫। নত্তে, থুনমক মখোই খঙলগনি,

ثُمَّ كَلَّا سَيَعْلَمُوْنَ ۝٥

৬। নত্তে, ঐখোইনা হায়রি মদু অমুকহন্না, থুনমক মখোই খঙলগনি।

اَلَمْ نَجْعَلِ الْاَرْضَ مِهٰدًا ۝٦

৭। শেমখিদব্রা ঐখোইনা পৃথিবীবু ফমুং অমা ওইনা,

وَّالْجِبَالَ اَوْتَادًا ۝٧

৮। অমসুং চীংশিংবু উচূপশিং ওইনা?

وَّخَلَقْنٰكُمْ اَزْوَاجًا ۝٨

৯। অদুগা ঐখোইনা শেম-শাখি নখোইবু তু মা নাইনা,

وَّجَعَلْنَا نَوْمَكُمْ سُبَاتًا ۝٩

১০। অমসুং ঐখোইনা ওইহল্লি নখোইগী তুম্বদু পোখাবা,

وَّجَعَلْنَا الَّيْلَ لِبَاسًا ۝١٠

১১। অমসুং ঐখোইনা শেমখি অহিংবু কুপ্পবা পোৎ অমা ওইনা,

وَّجَعَلْنَا النَّهَارَ مَعَاشًا ۝١١

১২। অমসুং ঐখোইনা শেমখি নুংথিলবু থিনবা হিংনবগী পাম্বে।

وَّبَنَيْنَا فَوْقَكُمْ سَبْعًا شِدَادًا ۝١٢

১৩। অদুগা ঐখোইনা শাবিখি নখোইগী নথক্তা অচেৎপা অতিয়া তরেৎ;

১৪। অমসুং ঐখোইনা শাখি নুমিৎপু অরংবা থাওমৈ অমা ওইনা।

وَّجَعَلْنَا سِرَاجًا وَّهَّاجًا ﴿١٣﴾

১৫। অমসুং ঐখোইনা তাহল্লি মংলিবা নোংদগী ঈশিং মরাংকায়না,

وَّاَنْزَلْنَا مِنَ الْمُعْصِرٰتِ مَآءً ثَجَّاجًا ﴿١٤﴾

১৬। অদুনা ঐখোইনা থোকহল্লি মদুনা মহৈ-মরোং অমসুং মনা-মশিং,

لِّنُخْرِجَ بِهٖ حَبًّا وَّنَبَاتًا ﴿١٥﴾

১৭। অমসুং বাগানশিং মরাংকায়না হৌবা।

وَّجَنّٰتٍ اَلْفَافًا ﴿١٦﴾

১৮। তশেংবমক, রারেপ্পা নুমিৎকী লৈ লেপখিবা মতম,

اِنَّ يَوْمَ الْفَصْلِ كَانَ مِيْقَاتًا ﴿١٧﴾

১৯। নুমিৎ অদুদা পেরে শিঙ্গা খোংলকপদা নখোই লাক্কনি মপৈ-মপৈ,

يَّوْمَ يُنْفَخُ فِى الصُّوْرِ فَتَاْتُوْنَ اَفْوَاجًا ﴿١٨﴾

২০। অমসুং স্বর্গ হাংদোক্কনি অদুনা মদু ওইরক্কনি থোঙগী-থোঙতা,

وَّفُتِحَتِ السَّمَآءُ فَكَانَتْ اَبْوَابًا ﴿١٩﴾

২১। অমসুং চীংজাও চীংশাংশিং পাইথোক-খিগনি অমসুং ওইরক্কনি মায়া-মরিচিকাগী মতাগুম্না।

وَّسُيِّرَتِ الْجِبَالُ فَكَانَتْ سَرَابًا ﴿٢٠﴾

২২। তশেংবমক, যম লৈবাক লৈ লোৎশন্দুনা,

اِنَّ جَهَنَّمَ كَانَتْ مِرْصَادًا ﴿٢١﴾

২৩। য়াতুংফমনি লাক্ল-ফানা রারবশিংগী,

لِّلطّٰغِيْنَ مَاٰبًا ﴿٢٢﴾

২৪। মখোই লৈগনি মদুগী মনুংদা চহি কুমজা কয়া,

لّٰبِثِيْنَ فِيْهَآ اَحْقَابًا ﴿٢٣﴾

২৫। মখোই তংলোই মদুগী মনুংদা অঙ্গংবা নত্তগা থক্কবা করিমতা,

لَا يَذُوْقُوْنَ فِيْهَا بَرْدًا وَّلَا شَرَابًا ﴿٢٤﴾

২৬। নত্তনা ক্রুং-ক্রুং শৌবা ঈশিং অমসুং তুক্কচনঙাই ওইবা মহী,

اِلَّا حَمِيْمًا وَّغَسَّاقًا ﴿٢٥﴾

২৭। চপচাবা লমলনি (ফত্তবা থবকশিংগী)।

جَزَآءً وِّفَاقًا ﴿٢٦﴾

২৮। তশেংবমক, মখোইনা কিরমদে হিসাব লৌরমগনি হায়বা,

اِنَّهُمْ كَانُوْا لَا يَرْجُوْنَ حِسَابًا ﴿٢٧﴾

২৯। অমসুং য়াখিদে ঐখোইগী পাওজেনশিং।

وَّكَذَّبُوْا بِاٰيٰتِنَا كِذَّابًا ﴿٢٨﴾

৩০। অদুগা পুম্নমক ঐখোইনা ইদুনা থমলি কিতাব অমদা,

وَكُلَّ شَيْءٍ اَحْصَيْنٰهُ كِتٰبًا ﴿٢٩﴾

৩১। মরমদুনা নখোই তংঙু মহাউ (রায়েল-চৈরাকদু) ; ঐখোইনা পীরোই নখোইবু করিমতা হেন্না রাহন নংহনবা নত্তনা।

فَذُوقُوا فَلَنْ نَزِيدَكُمْ إِلَّا عَذَابًا

২ শুবা রুকূ

৩২। তশেংবমক, ধর্ম্ম ফম্বৈনবশিংগীদি অনীংবা অমা থুংবনি,

إِنَّ لِلْمُتَّقِينَ مَفَازًا

৩৩। খাজন্দুনা থম্বা হৈকোনশিংনি অমসুং অঙ্গুরগী লৌবুকশিংনি,

حَدَائِقَ وَأَعْنَابًا

৩৪। অমসুং মথোক কাবা নৈশাবীশিং শামান লেংমান্নবগী (সঙ্গনি),

وَكَوَاعِبَ أَتْرَابًا

৩৫। অমসুং মমায় চোনবা কপশিংনি।

وَكَأْسًا دِهَاقًا

৩৬। মদূগী মনুংদা মখোই তারোই রারেম নত্তগা মীনম শোরিবা ;

لَا يَسْمَعُونَ فِيهَا لَغْوًا وَلَا كِذَّابًا

৩৭। চানবিবগী মহৈনি নংগী মপুদগী, খুদোলনি হেন্দোক্লা ওকপা।

جَزَاءً مِنْ رَبِّكَ عَطَاءً حِسَابًا

৩৮। মপুনি স্বর্গগী অমসুং পৃথিবীগী অমসুং মখোই অনিগী মরক্তা লৈবা পুম্নমক্কীসু, থৌজালহৈবা মপুনি। মখোই কনাগীসু মতিক লৈরোই রা হঙ্গৎপা মঙোন্দা।

رَبِّ السَّمٰوٰتِ وَالْأَرْضِ وَمَا بَيْنَهُمَا الرَّحْمٰنِ لَا يَمْلِكُونَ مِنْهُ خِطَابًا

৩৯। নুমিৎ অদুদা 'রুহ' (জিব্রীল) অমসুং স্বর্গ দূতশিং লেপকনি পরেং-পরেং (থৌগাল চঙবগী), ঙস্মোই রা হঙ্গৎপা মখোই কনা অমতনা, নত্তনা মহাকদু থৌজালহৈবা মপুনা পীবিগনি তৌনবগী ময়াথং অমসুং মহাকনা রা ঙাঙগনি অচুম্বতা।

يَوْمَ يَقُومُ الرُّوحُ وَالْمَلٰٓئِكَةُ صَفًّا لَا يَتَكَلَّمُونَ إِلَّا مَنْ أَذِنَ لَهُ الرَّحْمٰنُ وَقَالَ صَوَابًا

৪০। নুমিৎ অদু শোয়দনমক লাক্কনি মরমদুনা কনাগুম্বনা লেপনমক পামলবদি, মহাক উপায় থিজসনু মহাক্কী মপুদা।

ذٰلِكَ الْيَوْمُ الْحَقُّ فَمَنْ شَاءَ اتَّخَذَ إِلٰى رَبِّهِ مَآبًا

৪১। তশেংবমক, ঐখোইনা চেকশন্নবা হায়বিগ্রে নখোইবু রায়েল-চৈরাক অমগী মদু নকশল্লকলে, নুমিৎ অদুদা মীনা উগনি মহাক্কী মখুৎশিংনা থাজখিবদু মমাংদা, অমসুং লমফৈ-খোঙফম্ন-

إِنَّا أَنْذَرْنٰكُمْ عَذَابًا قَرِيبًا يَوْمَ يَنْظُرُ الْمَرْءُ

مَا قَدَّمَتْ يَدٰهُ وَيَقُوْلُ الْكٰفِرُ يٰلَيْتَنِيْ كُنْتُ تُرٰبًا ۝٤٠

বশিংনা হায়গনি ঃ "আঃ ঐবু ওইজরমলবদিকো (ইচম-চম্বা) উফুল।"

سُوْرَةُ النّٰزِعٰتِ مَكِّيَّةٌ (٧٩)

সূরহ ৭৯ অল-নাজি'আত

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৪৭ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالنّٰزِعٰتِ غَرْقًا ۝١

২। কসমনি (মীশিংবু অচুম্বা ধর্ম্মদা) কন্না চিংশনবা মখোইদুগী,

وَّالنّٰشِطٰتِ نَشْطًا ۝٢

৩। কসমনি (মখোী কন্না তৌবদা) চেৎনা কিশি কিশিনবা মখোইদুগী,

وَّالسّٰبِحٰتِ سَبْحًا ۝٣

৪। কসমনি (নুৎশিৎকী ঈপোমদা) জৃ-জৃ ঈরোইদুনা চৎপা মখোইদুগী,

فَالسّٰبِقٰتِ سَبْقًا ۝٤

৫। অদুনা মখোইনা হোৎনৈ অমনা অমগী মাং থানবগী,

فَالْمُدَبِّرٰتِ اَمْرًا ۝٥

৬। অমসুং শীন-লাংই পাংথোক্লবা থবকশিং (মখোইদা শীন্নবদু),

يَوْمَ تَرْجُفُ الرَّاجِفَةُ ۝٦

৭। (মসি থোক্কনি) নুমিৎ অদুদা অনীকপা (পৃথিবীনা) থক-থক নীকপদা,

تَتْبَعُهَا الرَّادِفَةُ ۝٧

৮। অমসুং অনিশুবা নীকপা অমা হেক তুংদা থোক্কনি মদুগী।

قُلُوْبٌ يَّوْمَئِذٍ وَّاجِفَةٌ ۝٨

৯। নুমিৎ অদুদা থম্মোইশিং (কিদুনা) থক-থক নীক্কনি,

اَبْصَارُهَا خَاشِعَةٌ ۝٩

১০। মখোইগী মমিৎশিং থোক-থোক লুকথগনি।

يَقُوْلُوْنَ ءَاِنَّا لَمَرْدُوْدُوْنَ فِي الْحَافِرَةِ ۝١٠

১১। মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইবু (তশেংবমক) হনজনগদৌরিব্রা হান্নগী ফিবমদা ?

১২। "করি! ঐখোইগী শরূ-শায়াং লোয়নমক পৎ—পুমখ্রবদা ?"

ءَاِذَا كُنَّا عِظَامًا نَّخِرَةً ﴿١١﴾

১৩। মখোইনা হায়ঃ "মদুগী মহন অদুদি অমাঙবগী মহন্নি!"

قَالُوْا تِلْكَ اِذًا كَرَّةٌ خَاسِرَةٌ ﴿١٢﴾

১৪। তৌইগুম্বসুং মদু অমুক্তং লাউথোকপা দরকারনি,

فَاِنَّمَا هِیَ زَجْرَةٌ وَّاحِدَةٌ ﴿١٣﴾

১৫। য়েংউ! মখোই পুম্নমক (থোরকলগনি) অহাংবদা।

فَاِذَا هُمْ بِالسَّاهِرَةِ ﴿١٤﴾

১৬। থুংখিদব্রা নংঙোন্দা ৱারী মুসাগী ?

هَلْ اَتٰىكَ حَدِيْثُ مُوْسٰى ﴿١٥﴾

১৭। মহাক্কী মপুনা কৌখিবা মতমদা মহাকপু 'তুৱা' তমপাক অশেংবদা (অসি হায়দুনা)ঃ

اِذْ نَادٰىهُ رَبُّهٗ بِالْوَادِ الْمُقَدَّسِ طُوًى ﴿١٦﴾

১৮। "চৎলো নং ফিরঔন্দা, তশেংবমক মহাক লমকেৎ-লমহাইখ্রে:

اِذْهَبْ اِلٰى فِرْعَوْنَ اِنَّهٗ طَغٰى ﴿١٧﴾

১৯। "অমসুং হায়য়ু মঙোন্দাঃ নং পামদব্রা নশাবু শেংদোকচবা ?

فَقُلْ هَلْ لَّكَ اِلٰٓى اَنْ تَزَكّٰى ﴿١٨﴾

২০। "অমসুং ঐনা লমজিংবিগনি নংবু নংগী মপুদা অদুনা নংনা কিজনবা মহাকপু (ফত্তরম লম্বীনবদা)।"

وَاَهْدِيَكَ اِلٰى رَبِّكَ فَتَخْشٰى ﴿١٩﴾

২১। মরমদুনা মুসানা উহনখি মহাকপু অচৌবা খুদম।

فَاَرٰىهُ الْاٰيَةَ الْكُبْرٰى ﴿٢٠﴾

২২। তৌইগুম্বসুং ফিরঔন্না য়াখিদে মদু অমসুং হায়বা ইনখিদে।

فَكَذَّبَ وَعَصٰى ﴿٢١﴾

ثُمَّ اَدْبَرَ يَسْعٰى ﴿٢٢﴾

২৩। অদুগী তুংদা মহাক মমায় ওন্থোকখি (মুসাদগী), অকনবা (থবক) হৌনবগী (মহাক্কী মায়োক্তা)।

২৪। অদুনা মহাকনা খোমজিল্লম্মী (মহাক্কী মীশিং) অমসুং লাউথোকলম্মী,

فَحَشَرَ فَنَادٰى ﴿٢٣﴾

২৫। অসি হায়দুনাঃ "ঐ নখোইগী মপুনি, খ্বাইদগী হেন্না রাংবা।"

فَقَالَ اَنَا رَبُّكُمُ الْاَعْلٰى ﴿٢٤﴾

২৬। মরমদুনা অল্লাহনা ফাজনবিখি মহাকপু রায়েল-চৈরাক থাবিনবগী শিরবা মতুংগী পুন্সিদা অমসুং তাইবঙ পুন্সিদা।

فَأَخَذَهُ اللَّهُ نَكَالَ الْآخِرَةِ وَالْأُولَىٰ ۝٢٥

২৭। তশেংবমক, মসিদা লৈরে পারা অমা রারকপগী (অল্লাহবু) কিজবা মীওইগীদমক্তা।

إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَعِبْرَةً لِمَنْ يَخْشَىٰ ۝٢٦

২ শুবা রুকূ

২৮। নখোইবুরা রানঙাই ওইরিবা শেম-শাবদা নত্ত্রগা স্বর্গ মহাকনা শাখিবা অদুবুরা ?

أَأَنْتُمْ أَشَدُّ خَلْقًا أَمِ السَّمَاءُ ۚ بَنَاهَا ۝٢٧

২৯। মহাকনা রাংখৎহল্লি মদুগী অৱাংবদু অমসুং শেমখি মদু মপুংফানা,

رَفَعَ سَمْكَهَا فَسَوَّاهَا ۝٢٨

৩০। অমসুং মহাকনা মমহল্লি মাগী অহিংবু, অমসুং থোকহল্লি মাগী মঙাল,

وَأَغْطَشَ لَيْلَهَا وَأَخْرَجَ ضُحَاهَا ۝٢٩

৩১। অমসুং পৃথিবীবু মহাকনা তিংথোকই মদুগী মতুংদা।

وَالْأَرْضَ بَعْدَ ذَٰلِكَ دَحَاهَا ۝٣٠

৩২। মহাকনা থোকহল্লি মদুদগী মাগী ঈশিং অমসুং মাগী শজিক হৌবা লমহাং,

أَخْرَجَ مِنْهَا مَاءَهَا وَمَرْعَاهَا ۝٣١

৩৩। অমসুং চীংজাও চীংশাংশিং, মহাকনা চেৎশনহল্লি মখোইবু।

وَالْجِبَالَ أَرْسَاهَا ۝٣٢

৩৪। (পুম্নকসি) কান্নবগীনি নখোইগীদমক অমসুং নখোইগী শা-ষণগীদমক।

مَتَاعًا لَكُمْ وَلِأَنْعَامِكُمْ ۝٣٣

৩৫। তৌইগুম্বসুং অচৌবা খুদোংথীবদু লাকলবা মতমদা,

فَإِذَا جَاءَتِ الطَّامَّةُ الْكُبْرَىٰ ۝٣٤

৩৬। নুমিৎ অদুদা মীনা নীংশিঙগনি মানা-মানা হোৎনজখিবা পুম্নমক,

يَوْمَ يَتَذَكَّرُ الْإِنْسَانُ مَا سَعَىٰ ۝٣٥

৩৭। অমসুং যম লৈবাক তশেংনা উৎপিগনি অয়েংবা মীনা উজনবা।

وَبُرِّزَتِ الْجَحِيمُ لِمَنْ يَرَىٰ ۝٣٦

৩৮। মরমদুনা লমকেৎ-লমহাইখিবা মহাকদু,

فَأَمَّا مَنْ طَغَىٰ ۝٣٧

৩৯। অমসুং তাইবঙ-পুন্সিবু থোইনমক পামখিবা মহাকদু,

وَآثَرَ الْحَيَاةَ الدُّنْيَا ۝٣٨

৪০। তশেংবমক ড্রুং-ড্রুং চাকপা মৈকোমদু মহাক্কী লৈফমনি।

فَإِنَّ الْجَحِيمَ هِيَ الْمَأْوَىٰ ۝٣٩

৪১। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা মীওই—মহাকনা লেম্পা কিজরম্বা অল্লাহগী (ৱায়েল ফম্বে) মমাংদা, অমসুং মথৱাইবু ৱারকচেৎলম্বা ফত্তবা অপাম্বশিংদগী,

وَاَمَّا مَنْ خَافَ مَقَامَ رَبِّهٖ وَنَهَى النَّفْسَ عَنِ الْهَوٰىۙ۝٤٠

৪২। তশেংবমক স্বর্গ লৈকোন্দু মহাক্কী য়াত্থুংফমনি।

فَاِنَّ الْجَنَّةَ هِيَ الْمَاْوٰىؕ۝٤١

৪৩। (ধর্ম্ম-চক্রবশিং) মখোইনা ৱা হংলি নংঙোন্দা পুংফম অদুগী মরমদা ঃ "করম্বা মতমদা মদু লাক্কনি ?"

يَسْـَٔلُوْنَكَ عَنِ السَّاعَةِ اَيَّانَ مُرْسٰىهَاؕ۝٤٢

৪৪। নং করি তাক্কে হায়বগে মদুগী মরমদা ?

فِيْمَ اَنْتَ مِنْ ذِكْرٰىهَاؕ۝٤٣

৪৫। নংগী মপুতনা খঙবনি মদুগী (শোয়দবা) জ্ঞান।

اِلٰى رَبِّكَ مُنْتَهٰىهَاؕ۝٤٤

৪৬। নংদি (ইচম-চম্বা) চেকশন্নবা হায়বিবা মীনি মদু কিজবা মীওইদা।

اِنَّمَاۤ اَنْتَ مُنْذِرُ مَنْ يَّخْشٰىهَاؕ۝٤٥

৪৭। নুমিৎ অদুদা মখোইনা উবদা মদু, (মখোইনা খনগনি) মখোই লৈরমদবগুম (সংসারদা) নুমিদাংৱাই অমা নত্ত্রগা অয়ুক অমা।

كَاَنَّهُمْ يَوْمَ يَرَوْنَهَا لَمْ يَلْبَثُوْۤا اِلَّا عَشِيَّةً اَوْ ضُحٰىهَا۝٤٦



سُوْرَةُ عَبَسَ مَكِّيَّةٌ (٨٠)



অবসা | সূরহ ৮০

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৪৩ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ۝١

২। মহাক পিশুম শুকলম্মী অমসুং মমায় ওথোকলম্মী,

عَبَسَ وَتَوَلّٰىۙ۝١

৩। মরমদি মঙোন্দা লাকলম্মী মিৎ তাংবা মীদু (মরক খত্তুনা)।

اَنْ جَآءَهُ الْاَعْمٰىؕ۝٢

৪। অদুগা নং করি খঙলবগে মদুদি মহাক (সু) থিবা য়াই শেংদোক্লবা মহাক মশামকপু.

وَمَا يُدْرِيكَ لَعَلَّهُ يَزَّكَّىٰٓ ٣

৫। নত্ত্রগা মহাক মপুকনিং চঙবা য়াই অমসুং নীংশিঙহল্লিবা পোৎনা কান্নহনবা য়াই মহাকপু ?

أَوْ يَذَّكَّرُ فَتَنفَعَهُ ٱلذِّكْرَىٰٓ ٤

৬। তৌইগুম্বসুং থৌওই-রাওইদবা মীবুদি.

أَمَّا مَنِ ٱسْتَغْنَىٰ ٥

৭। নংনা থরাই য়াওনা লূনা হেক তৌবি.

فَأَنتَ لَهُۥ تَصَدَّىٰ ٦

৮। নংনা দায়ী পুফম থোক্তবসু মহাকনা শেংদোকচত্রগা মশাবু।

وَمَا عَلَيْكَ أَلَّا يَزَّكَّىٰ ٧

৯। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা মী মহাকনা হাথু-হাথু চেনশনজরকপদু নংঙোন্দা,

وَأَمَّا مَن جَآءَكَ يَسْعَىٰ ٨

১০। অমসুং মহাকনা কিজবা অল্লাহবু.

وَهُوَ يَخْشَىٰ ٩

১১। মহাকপু নংনা থৌশা-রাশাবিদে।

فَأَنتَ عَنْهُ تَلَهَّىٰ ١٠

১২। নত্তে, মসি তশেংনা নীংশিঙহল্লিবা পোৎনি (মীওইবা জাতি পুম্নমক্কী)।

كَلَّآ إِنَّهَا تَذْكِرَةٌ ١١

১৩। মরমদুনা কনাগুম্বনা পামলবদি মপুকনিং চঙজসনু মদুদা।

فَمَن شَآءَ ذَكَرَهُۥ ١٢

১৪। (মদু য়াওখ্রবনি) লাইরিক-ভাবুমদা, মদু ঈকাইখুম্নখ্রবনি,

فِى صُحُفٍ مُّكَرَّمَةٍ ١٣

১৫। য়াংনা থাঙৎখ্রবনি, অশেংবনি,

مَّرْفُوعَةٍ مُّطَهَّرَةٍۭ ١٤

১৬। (ইদুনা থমখ্রবনি) অইবশিংগী মখুৎশিংনা,

بِأَيْدِى سَفَرَةٍ ١٥

১৭। (মখোইদু) অচৌ-অশাংনি (অমসুং) পুণ্য লৈবনি।

كِرَامٍۭ بَرَرَةٍ ١٦

১৮। মীওইবদি মাঙজরে! কয়া য়াম্না তৌবিমল খঙদ্রবা মহাকসি!

قُتِلَ ٱلْإِنسَٰنُ مَآ أَكْفَرَهُۥ ١٧

১৯। করি পোৎনা শেম-শাখিবা মহাকপু ?

مِنْ أَىِّ شَىْءٍ خَلَقَهُۥ ١٨

২০। অঙাং শানবা মহীক্তগী (শেমখি)! (অল্লাহনা) শেমখি মহাকপু অমসুং চুং-ফিরান চাহল্লি মহাকপু,

مِن نُّطْفَةٍ خَلَقَهُۥ فَقَدَّرَهُۥ ١٩

২১। অদুগী তুংদা মহাকনা লায়হল্লি (হিংনবগী) লম্বী মহাক্কীদমক,

ثُمَّ السَّبِيلَ يَسَّرَهُ ﴿٢١﴾

২২। অদুগী তুংদা মহাকনা শিহল্লি মহাকপু অমসুং ফুমজনহল্লি কবরদা,

ثُمَّ أَمَاتَهُ فَأَقْبَرَهُ ﴿٢٢﴾

২৩। অদুগী তুংদা, মহাকনা তৌনীংবা মতমদা, মহাকনা অমুক হিংগৎহনবিগনি মহাকপু।

ثُمَّ إِذَا شَاءَ أَنْشَرَهُ ﴿٢٣﴾

২৪। নত্তে, মহাকনা পুরা তৌদে মহাকপু য়াথংনবিখিবদু তৌ হায়না।

كَلَّا لَمَّا يَقْضِ مَا أَمَرَهُ ﴿٢٤﴾

২৫। মরমদুনা মীনা য়েংজসনু মহাক্কী চিঞ্জাক (করম্না পাম্লেনা মহাক্কী মপুনা পীবা).

فَلْيَنْظُرِ الْإِنْسَانُ إِلَىٰ طَعَامِهِ ﴿٢٥﴾

২৬। করম্না ঐখোইনা তাহনবা নোং-ঈশিং মরাংকায়না,

أَنَّا صَبَبْنَا الْمَاءَ صَبًّا ﴿٢٦﴾

২৭। অদুগী তুংদা ঐখোইনা খায়দোকই লৈবাক মচেৎ-মচেৎ—খায়দোকপগী মওং চপচানা,

ثُمَّ شَقَقْنَا الْأَرْضَ شَقًّا ﴿٢٧﴾

২৮। মথংদা ঐখোইনা হৌহল্লি মদুগী মনুংদা মহৈ-মরোং,

فَأَنْبَتْنَا فِيهَا حَبًّا ﴿٢٨﴾

২৯। অমসুং অঙ্গুর অমসুং য়েনশাং নাপীশিং,

وَعِنَبًا وَقَضْبًا ﴿٢٩﴾

৩০। অমসুং চোরফোন অমসুং খজুর,

وَزَيْتُونًا وَنَخْلًا ﴿٣٠﴾

৩১। অমসুং খাজন্দুনা থম্বা বাগানশিং পাম্বী ফুন্না হৌবা,

وَحَدَائِقَ غُلْبًا ﴿٣١﴾

৩২। অমসুং উহৈশিং অমসুং মনা-মশিংনচিংবা পাম্বীশিং,

وَفَاكِهَةً وَأَبًّا ﴿٣٢﴾

৩৩। শীজন্নবা নখোইগী অমসুং নখোইগী শা-যণশিংগীদমক।

مَتَاعًا لَكُمْ وَلِأَنْعَامِكُمْ ﴿٣٣﴾

৩৪। তৌইগুম্বসুং নাকোং য়ৈশনবগী খোল্লাও লাকপা মতমদা,

فَإِذَا جَاءَتِ الصَّاخَّةُ ﴿٣٤﴾

৩৫। নুমিৎ অদুদা মী অমনা চেল্লবদা (থাদোক্তুনা পোকমিন্নবা) মহাক্কী মচিন মনাওদগী,

يَوْمَ يَفِرُّ الْمَرْءُ مِنْ أَخِيهِ ﴿٣٥﴾

৩৬। অমসুং মহাক্কী মমাদগী অমসুং মহাক্কী মপাদগী,

وَأُمِّهِ وَأَبِيهِ ۝٣٥

৩৭। অমসুং মহাক্কী নুপীদগী অমসুং মহাক্কী মচা নিপাশিংদগী,

وَصَاحِبَتِهِ وَبَنِيهِ ۝٣٦

৩৮। নুমিৎ অদুদা মী খুদিংমক মখোইগী মরক্তা লৈগনি মথৌ মপুংফানা অদুনা মহাকপু থৌশাহল্লোই অতৈ অতোপ্পগী।

لِكُلِّ امْرِئٍ مِّنْهُمْ يَوْمَئِذٍ شَأْنٌ يُغْنِيهِ ۝٣٧

৩৯। নুমিৎ অদুদা মায় খরদি লংত্রিক লংগনি,

وُجُوهٌ يَوْمَئِذٍ مُّسْفِرَةٌ ۝٣٨

৪০। নোক্কনি, নুংঙাইগনি;

ضَاحِكَةٌ مُّسْتَبْشِرَةٌ ۝٣٩

৪১। অমসুং মায় খরদি, নুমিৎ অদুদা ওইগনি উফুল তৈশনবগুম;

وَوُجُوهٌ يَوْمَئِذٍ عَلَيْهَا غَبَرَةٌ ۝٤٠

৪২। অমম্বনা কুপশনগনি মখোইবু।

تَرْهَقُهَا قَتَرَةٌ ۝٤١

৪৩। মখোইসি অচুম্বা থাজদবশিংনি (অমসুং) ফত্তরম লম্বীনবশিংনি।

أُولَٰئِكَ هُمُ الْكَفَرَةُ الْفَجَرَةُ ۝٤٢

## سُورَةُ التَّكْوِيرِ مَكِّيَّةٌ

(٨١) آياتها ٢٩ — ركوعها ١

সূরহ ৮১ অল- তকরীর

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৩০ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ۝١

২। সূর্য্য নুমিৎ থুপচনখ্রবা মতমদা,

إِذَا الشَّمْسُ كُوِّرَتْ ۝٢

৩। অমসুং থৱানমিচাকশিং মমহনখ্রবা মতমদা,

وَإِذَا النُّجُومُ انكَدَرَتْ ۝٣

৪। অমসুং চীংশিং লৌথোকখ্রবা মতমদা,

وَإِذَا الْجِبَالُ سُيِّرَتْ ۝٤

৫। অমসুং থা তরা নাও পুরবী উট অমোমবু (মপুনা) থাদোকপিরবা মতমদা,

وَإِذَا الْعِشَارُ عُطِّلَتْ ۝٥

৬। অমসুং লমগী (মখোঙ মরি পানবা) শাশিংবু পুল্লপল্লা খোমজল্লবা মতমদা (মীশিংগী লৈফমদা),

وَإِذَا الْوُحُوشُ حُشِرَتْ ۝٦

৭। অমসুং সমুদ্রশিং পোকখায়বা য়ানা কামথৎহল্লবা মতমদা,

وَإِذَا الْبِحَارُ سُجِّرَتْ ۝٦

৮। অমসুং (তোঙান-তোঙানবা) থ্বাশিংবু পুল্লপুল্ল-পুশল্লকলবা মতমদা,

وَإِذَا النُّفُوسُ زُوِّجَتْ ۝٧

৯। অমসুং অঙাং নুপী মচা (পিশক) বু হিংফুম-ফুমখিবগী মরমদা রা হংলবা মতমদা,

وَإِذَا الْمَوْءُودَةُ سُئِلَتْ ۝٨

১০। করি মরালগী মাবু হাৎখিবগে হায়না.

بِأَيِّ ذَنْبٍ قُتِلَتْ ۝٩

১১। অমসুং লাইরিকশিং থেল্লবদা মায়কৈ কয়া মুক্তা শরা-শন্না,

وَإِذَا الصُّحُفُ نُشِرَتْ ۝١٠

১২। অমসুং স্বর্গসি ইহাং-হাংলবা মতমদা,

وَإِذَا السَّمَاءُ كُشِطَتْ ۝١١

১৩। অমসুং নরক্কী থাম্বি মৈ ভ্রুং-ভ্রুং থাগৎলবা মতমদা,

وَإِذَا الْجَحِيمُ سُعِّرَتْ ۝١٢

১৪। অমসুং স্বর্গ লৈকোন নাক্তা পুশল্লকলবা মতমদা,

وَإِذَا الْجَنَّةُ أُزْلِفَتْ ۝١٣

১৫। (অদুগী মতমদা) থরাই খুদিংমক্না (তরং-তরং) খঙগনি মানা-মানা তৌখিবদু।

عَلِمَتْ نَفْسٌ مَا أَحْضَرَتْ ۝١٤

১৬। নত্তে, ঐনা রাশকলি গ্রহশিং তুং হন্দোকখিবগী,

فَلَا أُقْسِمُ بِالْخُنَّسِ ۝١٥

১৭। চুমদ্রিং পাংনা চৎপশিংগী (অমসুং) লোৎপশিংগী,

الْجَوَارِ الْكُنَّسِ ۝١٦

১৮। অমসুং অহিং হৌথ্রবগী,

وَاللَّيْلِ إِذَا عَسْعَسَ ۝١٧

১৯। অমসুং ইনুং ঙাল্লকপগী,

وَالصُّبْحِ إِذَا تَنَفَّسَ ۝١٨

২০। তশেংবমক, মসি মরাহৈনি ঈকাইখুম্ননঙাই মশক ওইবা দুত অমগী,

إِنَّهُ لَقَوْلُ رَسُولٍ كَرِيمٍ ۝١٩

২১। (মহাক্তি) শক্তি লৈবনি, রাংনা থাংগৎলবনি মনাক্তা ফম্বালগী মপুগী,

ذِي قُوَّةٍ عِنْدَ ذِي الْعَرْشِ مَكِينٍ ۝٢٠

২২। ময়াথং ইনবনি, থাজবা য়াবনি (মঙোন্দা শীন্নবা পোত্তা)।

مُطَاعٍ ثَمَّ أَمِينٍ ۝٢١

২৩। (হে মীওইবশিং!) নখোইগী মরূপ (মুহম্মদ)দু অঙাওবা নত্তে;

وَمَا صَاحِبُكُمْ بِمَجْنُونٍ ۝٢٢

২৪। অমসুং ত শেংবমক মহাকনা উখি মহাকপু সোরারেন-নোংখোঙ পরেংদা।

وَلَقَدْ رَاٰهُ بِالْاُفُقِ الْمُبِيْنِ ﴿٢٣﴾

২৫। অমসুং মহাকনা লীকশন্দে (ফোংদোকপদা) উদ-খঙদবগী (রা)।

وَمَا هُوَ عَلَى الْغَيْبِ بِضَنِيْنٍ ﴿٢٤﴾

২৬। অমসুং মসি নত্তে রাহৈ সিরাপ তৌবিখ্রবা শৈতানগী।

وَمَا هُوَ بِقَوْلِ شَيْطٰنٍ رَّجِيْمٍ ﴿٢٥﴾

২৭। মরমদুনা নখোই কদায়দা চৎকদৌরিবা ?

فَاَيْنَ تَذْهَبُوْنَ ﴿٢٦﴾

২৮। মসি করিসু নত্তে নীংশিঙহল্লিবা পোৎনি জাতি পুম্নমক্তা,

اِنْ هُوَ اِلَّا ذِكْرٌ لِّلْعٰلَمِيْنَ ﴿٢٧﴾

২৯। অদুগুম্বা মী নখোইগী মরক্তা অচুম্বা লম্বীননীংবা।

لِمَنْ شَآءَ مِنْكُمْ اَنْ يَّسْتَقِيْمَ ﴿٢٨﴾

৩০। অদুগা নখোইনা পামলোই (করিগুম্বা পোত্তা অমা) নত্তনা পামলিবদু (নখোইগীদমক্তা) অল্লাহনা, (মহাক্তি) মপুনি সংসার পুম্নমক্কী।

وَمَا تَشَآءُوْنَ اِلَّآ اَنْ يَّشَآءَ اللّٰهُ رَبُّ الْعٰلَمِيْنَ ﴿٢٩﴾

## سُوْرَةُ الْاِنْفِطَارِ مَكِّيَّةٌ

(آياتها ١٩) (٨٢) (ركوعها ١)

অল-ইনফিতার সূরহ ৮২

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২০ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুং শিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ﴿١﴾

২। স্বর্গ মচেৎ-মচেৎ থোক্লা থুগায়রবা মতমদা,

اِذَا السَّمَآءُ انْفَطَرَتْ ﴿٢﴾

৩। অমসুং থরানমিচাকশিং চাইথায়খ্রবা মতমদা,

وَاِذَا الْكَوَاكِبُ انْتَثَرَتْ ﴿٣﴾

৪। অমসুং সমুদ্রশিং পাথোকহন্দুনা চেল্লবা মতমদা,

وَاِذَا الْبِحَارُ فُجِّرَتْ ﴿٤﴾

৫। অমসুং কবরশিং হাংদোকলবা মতমদা,

وَاِذَا الْقُبُوْرُ بُعْثِرَتْ ﴿٥﴾

৬। থরাই খুদিংনা খঙগনি মানা থাজখিবা মমাংদা অমসুং মানা থমজরম্বা মতুংদা।

عَلِمَتْ نَفْسٌ مَّا قَدَّمَتْ وَاَخَّرَتْ ﴿٦﴾

৭। হে মীওইবা! করিনা লৌনম তৌবিখিবগে নংবু মায়োক্তুন নংগী থৌজালহৈবা মপুগী.

يَاَيُّهَا الْاِنْسَانُ مَا غَرَّكَ بِرَبِّكَ الْكَرِيْمِ ۝

৮। মহাকনা শেম-শাবিখি নংবু, অদুগী তুংদা মপুং ফাহনবিখি নংবু, অদুগী তুংদা চুং-ফিরান চাহনবিখি নংবু ?

الَّذِىْ خَلَقَكَ فَسَوّٰىكَ فَعَدَلَكَ ۝

৯। মহাকনা অপাম্বগী মতুংইন্না, মহাকনা তমখি মতৌ-মওং নংবু।

فِىْٓ اَىِّ صُوْرَةٍ مَّا شَآءَ رَكَّبَكَ ۝

১০। নত্তে, নখোইনা য়াদে রায়েল বিচার (নুমিৎ লাক্কদৌরিববু)।

كَلَّا بَلْ تُكَذِّبُوْنَ بِالدِّيْنِ ۝

১১। অদুগা তশেংবমক লৈ ঙাক-শেনবশিং নখোইগী নথক্তা,

وَاِنَّ عَلَيْكُمْ لَحٰفِظِيْنَ ۝

১২। (মখোইদু) ঈকাইখুম্নঙাই মশক ওইবা চেজনবশিংনি,

كِرَامًا كَاتِبِيْنَ ۝

১৩। মখোইনা খঙই নখোইনা তৌবা (পুম্নমক)।

يَعْلَمُوْنَ مَا تَفْعَلُوْنَ ۝

১৪। তশেংবমক, পুণ্য লৈবশিংদি লৈগনি অয়ৌবী নুংঙাইবদা;

اِنَّ الْاَبْرَارَ لَفِىْ نَعِيْمٍ ۝

১৫। অমসুং ফত্তবা তৌবশিংদি লৈগনি ড্রুং-ড্রুং চাকপা মৈকোমনুংদা:

وَاِنَّ الْفُجَّارَ لَفِىْ جَحِيْمٍ ۝

১৬। মখোই চঙগনি মদুগী মনুংদা রায়েল-বিচারগী নুমিত্তা:

يَّصْلَوْنَهَا يَوْمَ الدِّيْنِ ۝

১৭। অমসুং মখোই ঙমলোই নাথোকপা মফম অদুদগী।

وَمَا هُمْ عَنْهَا بِغَآئِبِيْنَ ۝

১৮। অদুগা করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু রায়েল-বিচারগী নুমিৎ হায়বদি করিনো ?

وَمَآ اَدْرٰىكَ مَا يَوْمُ الدِّيْنِ ۝

১৯। অমুকহন্না, করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু রায়েল-বিচারগী নুমিৎ হায়বদি করিনো ?

ثُمَّ مَآ اَدْرٰىكَ مَا يَوْمُ الدِّيْنِ ۝

২০। নুমিৎ অদুদা থরাই অমনা ঙমলোই করিমত্তা তৌবা অতোপ্পা থরাই অমগী। অদুগা নুমিৎ অদুদা হুকুমদি অল্লাহতগীনি।

يَوْمَ لَا تَمْلِكُ نَفْسٌ لِّنَفْسٍ شَيْئًا ۗ وَالْاَمْرُ يَوْمَئِذٍ لِّلّٰهِ ۝

## سُوْرَةُ التَّطْفِيْفِ مَكِّيَّةٌ (٨٣)

সূরহ ৮৩ অল-তত্‌ফীফ

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৩৭ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝١

২। অরা-নুংশিবনিদা ঠোগ তৌবা মীশিংদু,

وَيْلٌ لِّلْمُطَفِّفِيْنَ ۝٢

৩। মখোইনা, ওন্দুনা লৌরবদি অতোপ্পা মীশিংদগী, পুরা লৌই:

الَّذِيْنَ اِذَا اكْتَالُوْا عَلَى النَّاسِ يَسْتَوْفُوْنَ ۝٣

৪। তোইগুম্বসুং মখোইনা পীথোকপদদি (পীফম থোকপদগী) রাৎনা (ওল্লগা) পী।

وَاِذَا كَالُوْهُمْ اَوْ وَّزَنُوْهُمْ يُخْسِرُوْنَ ۝٤

৫। মখোই খঙদব্রা মখোইবু অমুকহন্না হিংগৎ-হনগনি হায়বা—

اَلَا يَظُنُّ اُولٰٓئِكَ اَنَّهُمْ مَّبْعُوْثُوْنَ ۝٥

৬। কি-হঙ্গোইনঙাই ওইবা নুমিৎ অমদা,

لِيَوْمٍ عَظِيْمٍ ۝٦

৭। নুমিৎ অদুদা মীওইবা জাতি (পুম্নমক) লেপকনি মমাংদা মপুগী সংসার পুম্নমক্কী ?

يَّوْمَ يَقُوْمُ النَّاسُ لِرَبِّ الْعٰلَمِيْنَ ۝٧

৮। নত্তে, ফত্তরম লম্বীনবশিংগী রিকোর্ডদি তশেংনমক লৈ 'সিজ্জীন' কৌবা মফমদা।

كَلَّآ اِنَّ كِتٰبَ الْفُجَّارِ لَفِيْ سِجِّيْنٍ ۝٨

৯। অদুগা করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু 'সিজ্জীন' হায়বদি করিনো ?

وَمَآ اَدْرٰىكَ مَا سِجِّيْنٌ ۝٩

১০। মসি কিতাব অমনি (তশেং-তশেংনা) ইশনখ্রবা (চিখদনা অপিকপা অসুং অচৌবা ফত্তবা থবকশিং)।

كِتٰبٌ مَّرْقُوْمٌ ۝١٠

১১। অরাবনিদা! নুমিৎ অদুদা অচুম্বা য়াদবশিংদো,

وَيْلٌ يَّوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِيْنَ ۝١١

১২। রায়েল-বিচার নুমিৎপু য়াদবশিংদো।

الَّذِيْنَ يُكَذِّبُوْنَ بِيَوْمِ الدِّيْنِ ۝١٢

১৩। অদুগা কনা অমতা য়াদবা লৈতে মদু নত্তনা লমকেৎ-লমহাইবা পাপী খুদিং,

وَمَا يُكَذِّبُ بِهٖٓ اِلَّا كُلُّ مُعْتَدٍ اَثِيْمٍ ۝١٣

১৪। মহাকনা, ঐখোইগী পাওজেলশিং থীথদুনা তাহনবা মতমদা মহাকপু হায়ঃ "(পুম্নমকসি) থাইনগী রারীশিংনি।"

اِذَا تُتْلٰى عَلَيْهِ اٰيٰتُنَا قَالَ اَسَاطِيْرُ الْاَوَّلِيْنَ ۝١٤

১৫। মদ্ নত্তে, মখোইনা কমায়খিবা (থবকশিংগী) মরম্মা পকখ্রে কোলহিং মখোইগী থম্মোইশিংদা।

كَلَّا بَلْ ۜ رَانَ عَلٰى قُلُوْبِهِمْ مَّا كَانُوْا يَكْسِبُوْنَ ۝

১৬। নত্তে, মখোইবু শোয়দনমক পর্দা খনজ্জন-বিখ্রগনি (উহন্দনবগী) মখোইগী মপুবু নুমিৎ অদুদা।

كَلَّآ اِنَّهُمْ عَنْ رَّبِّهِمْ يَوْمَئِذٍ لَّمَحْجُوْبُوْنَ ۝

১৭। অদুগী মতমদা মখোই শোয়দনমক চঙগনি ড্রুং-ড্রুং চাকপা থাম্বি মৈকোমনুংদা।

ثُمَّ اِنَّهُمْ لَصَالُوا الْجَحِيْمِ ۝

১৮। মতমদুদা মখোইদা অসি হায়বিগনিঃ "মসিনি নখোইনা নশিঞ্জাং ওইনা মীনম্বনি হায়না য়ারমদবদু।"

ثُمَّ يُقَالُ هٰذَا الَّذِيْ كُنْتُمْ بِهٖ تُكَذِّبُوْنَ ۝

১৯। নত্তে, পুণ্য লৈবশিংগী রিকোর্ডদি তশেংনমক লৈ 'ইল্লিয়ীন' কৌবা মফমদা।

كَلَّآ اِنَّ كِتٰبَ الْاَبْرَارِ لَفِيْ عِلِّيِّيْنَ ۝

২০। অদুগা করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু 'ইল্লিয়ীন' হায়বদি করিনো ?

وَمَآ اَدْرٰىكَ مَا عِلِّيُّوْنَ ۝

২১। মসি কিতাব অমনি (তশেং-তশেংনা) ইশনখ্রবা (অফবা মরোলশিং)—

كِتٰبٌ مَّرْقُوْمٌ ۝

২২। মদু সাক্ষী ওই অল্লাহগী মনাক নকপশিংনা।

يَّشْهَدُهُ الْمُقَرَّبُوْنَ ۝

২৩। তশেংবমক, পুণ্য লৈবশিং লৈগনি অয়ৌবী নুংঙাইবদা,

اِنَّ الْاَبْرَارَ لَفِيْ نَعِيْمٍ ۝

২৪। ঙন্দুনা গদ্দী মথক্তা (কোয়না) য়েংগনি (ফজবশিং),

عَلَى الْاَرَآئِكِ يَنْظُرُوْنَ ۝

২৫। নংনা খঙগনি মখোইগী চেংলৌ মায়থোংশিংদা লংত্রিক-লংবা স্বর্গদা লৈবগী।

تَعْرِفُ فِيْ وُجُوْهِهِمْ نَضْرَةَ النَّعِيْمِ ۝

২৬। পিথক্কনি মখোইবু অশেংবা মহী অমা, চাদুম নম্বা—

يُسْقَوْنَ مِنْ رَّحِيْقٍ مَّخْتُوْمٍ ۝

২৭। মদুগী মথুমগী চাদুমদি কস্তুরিনা ওইগনি — মসিবু পামজবা মীশিংনা (ফংবা ঙম্নবা) মথরাই য়াওনা হোৎনজসনু।

خِتٰمُهٗ مِسْكٌ ۗ وَفِيْ ذٰلِكَ فَلْيَتَنَافَسِ الْمُتَنَافِسُوْنَ ۝

২৮। অদুগা মহী অদুদা য়ানশনগনি 'তসনীম',

وَمِزَاجُهٗ مِنْ تَسْنِيْمٍ ۝

২৯। মসি ঈফুৎ অমনি—মদুদগী থক্কনি (অল্লাহগী) মনাক নকপশিংনা।

عَيْنًا يَشْرَبُ بِهَا الْمُقَرَّبُونَ

৩০। তশেংবমক মরাল লৈরবশিংনা মশিঞ্জাং ওইনা করেম্নবিরম্মী অচুম্বা থাজবশিংবু:

إِنَّ الَّذِينَ أَجْرَمُوا كَانُوا مِنَ الَّذِينَ آمَنُوا يَضْحَكُونَ

৩১। অমসুং মখোইনা উনবা মতমদা মখোইবু মখোই মমিৎ কুপ্নরম্মী অমগা অমগা (নোক্নবগী মওংদা);

وَإِذَا مَرُّوا بِهِمْ يَتَغَامَزُونَ

৩২। অমসুং মখোইনা হনজল্লকখিবা মতমদা মখোইগী ইমুংশিংদা, মখোই ফাগি তৌদুনা হরাওনরম্মী;

وَإِذَا انْقَلَبُوا إِلَىٰ أَهْلِهِمُ انْقَلَبُوا فَكِهِينَ

৩৩। অমসুং মখোইনা উবদা (অচুম্বা থাজবশিং) মখোইবু মখোইনা হায়খি: "তশেংবমক মখোইসি লম্মুক্নরবশিংনি!"

وَإِذَا رَأَوْهُمْ قَالُوا إِنَّ هَٰؤُلَاءِ لَضَالُّونَ

৩৪। তৌইগুম্বসুং মখোইবু থাখিদে চৌকিদার ওইনবা মখোইগী মথক্তা।

وَمَا أُرْسِلُوا عَلَيْهِمْ حَافِظِينَ

৩৫। ঙসি নুমিত্তা, মরমদুনা, থাজবশিংনা (ওনশন্দুনা) নোক্নবিগনি লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদা,

فَالْيَوْمَ الَّذِينَ آمَنُوا مِنَ الْكُفَّارِ يَضْحَكُونَ

৩৬। ঙন্দুনা গদ্দী মথক্তা (কোয়না) য়েংগনি (মখোইনা দশা তাবদু যম লৈবাক্তা)।

عَلَى الْأَرَائِكِ يَنْظُرُونَ

৩৭। অসিবু নত্তত্রা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু চপচানা লমল শিংবা মখোইনা তৌখিবা (থবক)গী?

هَلْ ثُوِّبَ الْكُفَّارُ مَا كَانُوا يَفْعَلُونَ

# سُوْرَةُ الْاِنْشِقَاقِ مَكِّيَّةٌ (٨٤)

অল-ইনশিকাক সূরহ ৮৪

(হিজরী মমাংদা থাখি. আয়াত মশিং ২৬ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

اِذَا السَّمَآءُ انْشَقَّتْ ②

২। আসমান মচেৎ মচেৎ তানা কায়হল্লবা মতমদা,

وَ اَذِنَتْ لِرَبِّهَا وَ حُقَّتْ ③

৩। অমসুং মাগী মপুগী ময়াথং ইন্দুনা—অমসুং (য়াথং য়াবসি) তঙাইফদ্রবনি মাগী মথক্তা,

وَ اِذَا الْاَرْضُ مُدَّتْ ④

৪। অমসুং পৃথিবীসি তিংথোকহল্লবা মতমদা.

وَ اَلْقَتْ مَا فِيْهَا وَ تَخَلَّتْ ⑤

৫। অমসুং লৈনুংদা লৈবা (পোৎ) পুম্নমক হুনগৎলবদা, অমসুং পুমহাং-হাংলবদা ;

وَ اَذِنَتْ لِرَبِّهَا وَ حُقَّتْ ⑥

৬। অমসুং মাগী মপুগী য়াথং ইন্দুনা—অমসুং (য়াথং য়াবসি) তঙাইফদ্রবনি মাগী মথক্তা।

يٰۤاَيُّهَا الْاِنْسَانُ اِنَّكَ كَادِحٌ اِلٰى رَبِّكَ كَدْحًا فَمُلٰقِيْهِ ⑦

৭। হে মীওইবা ! তশেংবমক নখোই হোৎননীংই ফংননবা নখোইগী মপুগা, কন্না হোৎনদুনা ঃ মরমদুনা নখোই (শোয়দনা) উনগনি মহাক্তা।

فَاَمَّا مَنْ اُوْتِيَ كِتٰبَهٗ بِيَمِيْنِهٖ ⑧

৮। অদুনা মহাক্কী (পুন্সিদা তৌখি-তৌখিবা পুম্নমক ইশনবা) কিতাব মহাক্কী য়েৎথংবা খুত্তা শীন্নরবা মহাক অদুগী,

فَسَوْفَ يُحَاسَبُ حِسَابًا يَّسِيْرًا ⑨

৯। মহাক্কী হিসাব লৌবিগনি ঈলায়-লায়বা হিসাবনা,

وَّ يَنْقَلِبُ اِلٰۤى اَهْلِهٖ مَسْرُوْرًا ⑩

১০। অমসুং মহাক হনজনগনি মহাক্কী মীশিংদা হরাও-হরাওনা।

وَ اَمَّا مَنْ اُوْتِيَ كِتٰبَهٗ وَرَآءَ ظَهْرِهٖ ⑪

১১। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী কিতাব মহাক্কী তুংরোমদগী শীন্নরবা মহাক অদুদি,

فَسَوْفَ يَدْعُوْا ثُبُوْرًا ⑫

১২। মহাকনা (পাখত্তুনা) লাউগনি (থুনা) মাঙ-তাকহনবিনবগী,

وَّ يَصْلٰى سَعِيْرًا ⑬

১৩। অমসুং মহাক চঙলগনি মৈরি থোক্লা চাকপা থাম্বি মৈকোমনুংদা।

১৪। তশেংবমক, (অসিগী মমাংদা) মহাক লৈরম্মী নুংঙাইনা মহাক্কী মীশিংগী মরক্তা।

إِنَّهُۥ كَانَ فِىٓ أَهْلِهِۦ مَسْرُورًا ﴿١٣﴾

১৫। তশেংবমক, মহাকনা খল্লম্মী মহাক কদৌঙৈদসু হনজল্লোই হায়না (অল্লাহদা)।

إِنَّهُۥ ظَنَّ أَن لَّن يَحُورَ ﴿١٤﴾

১৬। অওইবনি! তশেংবমক, মহাক্কী মপুনা (মতমপুম্বদা) য়েংলম্মী মহাক্কী ফিবম।

بَلَىٰٓ إِنَّ رَبَّهُۥ كَانَ بِهِۦ بَصِيرًا ﴿١٥﴾

১৭। মরমদুনা ঐনা কসম তৌরি য়াচংবা মতুংগী ঙাংশং-ঙাংনা ঙানবগী,

فَلَآ أُقْسِمُ بِٱلشَّفَقِ ﴿١٦﴾

১৮। অমসুং কসমনি অহিংগী অমসুং মানা (পুমকুপ) কুপশনবগী,

وَٱلَّيْلِ وَمَا وَسَقَ ﴿١٧﴾

১৯। অমসুং চন্দ্র থাগী মানা (চপচানা) মপুং ফাবগী,

وَٱلْقَمَرِ إِذَا ٱتَّسَقَ ﴿١٨﴾

২০। মদুদি নাখোই শোয়দনমক চৎকনি পরাও-পরাও নাইনা।

لَتَرْكَبُنَّ طَبَقًا عَن طَبَقٍ ﴿١٩﴾

২১। মরমদুনা করি তৌরবগে মখোই ধর্ম্মদা থাজবা লৈতে,

فَمَا لَهُمْ لَا يُؤْمِنُونَ ﴿٢٠﴾

সজদহ

২২। অমসুং কুরআন-থীথদুনা তাহনবদা মখোইবু, মখোইনা (হকচাং লুকথদুনা) খুরুমদে।

وَإِذَا قُرِئَ عَلَيْهِمُ ٱلْقُرْءَانُ لَا يَسْجُدُونَ ۩ ﴿٢١﴾

২৩। মদুগী পুমওন-ওম্নবদা, (অচুম্বা) থাজদবশিংনা য়াদে (মদু) ;

بَلِ ٱلَّذِينَ كَفَرُوا۟ يُكَذِّبُونَ ﴿٢٢﴾

২৪। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা মুম্না খঙই মখোইনা লোৎশনবদু (মখোইগী মথম্মোইনুংশিংদা)।

وَٱللَّهُ أَعْلَمُ بِمَا يُوعُونَ ﴿٢٣﴾

২৫। মরমদুনা (হে নবী!) পাওথুংঙু মখোইদা অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাক্কী,

فَبَشِّرْهُم بِعَذَابٍ أَلِيمٍ ﴿٢٤﴾

২৬। তৌইগুম্বসুং অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনবা মখোইদু, (শেম-শাদুনা থম্বিত্রে) মখোইগীদমক্তা লোয়খম্বা নাইদবা মনা-মথিন।

إِلَّا ٱلَّذِينَ ءَامَنُوا۟ وَعَمِلُوا۟ ٱلصَّٰلِحَٰتِ لَهُمْ أَجْرٌ غَيْرُ مَمْنُونٍ ﴿٢٥﴾ ع

# سُوْرَةُ الْبُرُوْجِ مَكِّيَّةٌ (٨٥) اٰيَاتُهَا

অল- বুরূজ সূরহ ৮৫

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২৩ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। কসমনি স্বর্গগী রাশি চক্রগী,

وَالسَّمَآءِ ذَاتِ الْبُرُوْجِ ②

৩। অমসুং কসমনি রাশকখিবা নুমিৎকী,

وَالْيَوْمِ الْمَوْعُوْدِ ③

৪। অমসুং কসমনি সাক্ষী ওইখিবশিংগী অমসুং সাক্ষী ওইখিবা মরমগী,

وَشَاهِدٍ وَّمَشْهُوْدٍ ④

৫। তুম্না মাঙহনবিখ্রে (মৈগী) খোংবানগী মরূপশিংদু,

قُتِلَ اَصْحٰبُ الْاُخْدُوْدِ ⑤

৬। মৈদু (মরাং কায়না) শীং হুন্নম্মী—

النَّارِ ذَاتِ الْوَقُوْدِ ⑥

৭। মতমদুদা মখোইনা ফমলম্মী মৈ অদুগী মনাক্তা,

اِذْ هُمْ عَلَيْهَا قُعُوْدٌ ⑦

৮। অমসুং মখোই ওইখি সাক্ষী মখোইনা তৌখিবাপুম্বগী অচুম্বা থাজবশিংদা।

وَّهُمْ عَلٰى مَا يَفْعَلُوْنَ بِالْمُؤْمِنِيْنَ شُهُوْدٌ ⑧

৯। অদুগা মখোইনা অরাফম তাহনবিখি মখোইবু করিসু নত্তবা মরমগী মদুদি মখোইনা থাজখি অল্লাহবু, (মহাক্তি) পাঙ্গলবনি (অমসুং) থাগৎপদা মতিকচাখ্রবনি।

وَمَا نَقَمُوْا مِنْهُمْ اِلَّاۤ اَنْ يُّؤْمِنُوْا بِاللّٰهِ الْعَزِيْزِ الْحَمِيْدِ ⑨

১০। মহাক্কী শাসননি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদা। অদুগা অল্লাহনা সাক্ষীনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

الَّذِيْ لَهٗ مُلْكُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ؕ وَاللّٰهُ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ شَهِيْدٌ ⑩

১১। তশেংবমক, অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা থীনা ওৎ-নৈবা অচুম্বা থাজবা নিপাশিং অমসুং অচুম্বা থাজবা নুপীশিং, অদুগী তুংদা নুংনাংবা ফোংদোকক্রবদি, মখোইগীদমক্তা অরাফম তাহনবনি যম লৈবাক্তা অমসুং মখোইগীদমক্তা শাস্তি পীবনি প্রোক-প্রোক চাকথেকহনবদা।

اِنَّ الَّذِيْنَ فَتَنُوا الْمُؤْمِنِيْنَ وَالْمُؤْمِنٰتِ ثُمَّ لَمْ يَتُوْبُوْا فَلَهُمْ عَذَابُ جَهَنَّمَ وَلَهُمْ عَذَابُ الْحَرِيْقِ ⑪

১২। তশেংবমক, অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা অচুম্বা থাজরবা অমসুং অফবা থবকশিং

اِنَّ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ لَهُمْ جَنّٰتٌ

تَجْرِيْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ ۚ ذٰلِكَ الْفَوْزُ الْكَبِيْرُ ﴿١١﴾

লম্বীনরবদি, মখোইগীদমক্তা হৈকোন-লৈকোন-শিংনি মখা অদুদা তুরেলশিং ঈচেল্লি। মদু অচৌবা অনীংবা অমা থুংবনি।

اِنَّ بَطْشَ رَبِّكَ لَشَدِيْدٌ ﴿١٢﴾

১৩। তশেংবমক, নংগী মপুগী খুৎপায়দি শাথীবনি।

اِنَّهٗ هُوَ يُبْدِئُ وَ يُعِيْدُ ﴿١٣﴾

১৪। তশেংবমক মহাকননি অহানবা শেম-শাবা অমসুং অমুকহন্না পুথোকপা ;

وَ هُوَ الْغَفُوْرُ الْوَدُوْدُ ﴿١٤﴾

১৫। অমসুং মহাক্তি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি,

ذُو الْعَرْشِ الْمَجِيْدُ ﴿١٥﴾

১৬। মপুনি ফম্বালগী, মপুনি ইজ্জৎকী ;

فَعَّالٌ لِّمَا يُرِيْدُ ﴿١٦﴾

১৭। খুশী তৌবনি মহাকনা তৌনীংবাপুম্বা।

هَلْ اَتٰىكَ حَدِيْثُ الْجُنُوْدِ ﴿١٧﴾

১৮। (হে নবী!) য়ৌরকখিদব্রা ল্লারী ভেঙ্গোল ময়ামগী নংঙোন্দা ?

فِرْعَوْنَ وَ ثَمُوْدَ ﴿١٨﴾

১৯। ফিরঔন অমসুং সমূদকী ?

بَلِ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا فِيْ تَكْذِيْبٍ ﴿١٩﴾

২০। নত্তে, অচুম্বা থাজদবশিংনা অনম কনশল্লি (অচুম্বা) য়াদবদা।

وَّ اللّٰهُ مِنْ وَّرَآئِهِمْ مُّحِيْطٌ ﴿٢٠﴾

২১। তৌহৈগুম্বসুং অল্লাহনা পুমকোয়-কোয়শল্লি মখোইবু মায়কৈ খুদিংদগী।

بَلْ هُوَ قُرْاٰنٌ مَّجِيْدٌ ﴿٢١﴾

২২। নত্তে, মসি অথোইবা কুরআন্নি,

فِيْ لَوْحٍ مَّحْفُوْظٍ ﴿٢٢﴾ ع

২৩। (ইশনখ্রবনি) ঙাক-শেন্দুনা থমখ্রবা মপাক অমদা।

## سُوْرَةُ الطَّارِقِ مَكِّيَّةٌ (٨٦)

ركوعها ١ — آياتها ١٧

অল- তারিক — সূরহ ৮৬

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ১৮ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ﴿١﴾

২। কসমনি স্বর্গগী অমসুং শজিক থবাগী,

وَالسَّمَآءِ وَالطَّارِقِ ﴿٢﴾

৩। অমসুং করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু (হে নবী!) শজিক থবা হায়বদি করিনো ?

وَمَآ اَدْرٰىكَ مَا الطَّارِقُ ﴿٣﴾

৪। মসি লংত্রিক লংবা থরানমিচাকনি,

النَّجْمُ الثَّاقِبُ ﴿٤﴾

৫। থরাই অমতা (হাওনা) লৈতে তৌইগুম্বসুং (অল্লাহগী মায়কৈদগী) মাবু ঙাকশেনবা অমা লৈ।

اِنْ كُلُّ نَفْسٍ لَّمَّا عَلَيْهَا حَافِظٌ ﴿٥﴾

৬। মরমদুনা মীনা (রাখল মুন্না) খনজসনু করি পোত্তগী মহাকপু শেম- শাখিবগে ?

فَلْيَنْظُرِ الْاِنْسَانُ مِمَّ خُلِقَ ﴿٦﴾

৭। মহাকপু শেমখি, খংথা-থাদোরকপা মহী অমদগী,

خُلِقَ مِنْ مَّآءٍ دَافِقٍ ﴿٧﴾

৮। মদু থাদোরকই খ্বাং অমসুং শরূ- হুমদাংশিংগী মরক্তগী।

يَّخْرُجُ مِنْۢ بَيْنِ الصُّلْبِ وَالتَّرَآئِبِ ﴿٨﴾

৯। তশেংবমক, অল্লাহদি ঙম্মি হিংগৎহনবা মহাকপু (শিরবা মতুংদা)।

اِنَّهٗ عَلٰى رَجْعِهٖ لَقَادِرٌ ﴿٩﴾

১০। নুমিৎ অদুদা অরোন অথুপ (পুম্নমক) উৎথোকপিগদৌরিবদু,

يَوْمَ تُبْلَى السَّرَآئِرُ ﴿١٠﴾

১১। মতমদুদা মহাক্কী মপাঙ্গল করিসু লৈরোই নত্তগা তেংবাংনবা কনাসু কংলোই।

فَمَا لَهٗ مِنْ قُوَّةٍ وَّلَا نَاصِرٍ ﴿١١﴾

১২। কসমনি অতিয়া নোং হন্না হন্না তাবগী,

وَالسَّمَآءِ ذَاتِ الرَّجْعِ ﴿١٢﴾

১৩। অমসুং কসমনি পৃথিবী মচেৎ-মচেৎ তানা চেকখায়বগী (মদুনা মনা-মশিং হৌরকই অমসুং ঈফুৎ থোরকই)।

وَالْاَرْضِ ذَاتِ الصَّدْعِ ﴿١٣﴾

১৪। তশেংবমক, মসি রাখেনঙাই ওইবা রাহৈনি,

اِنَّهٗ لَقَوْلٌ فَصْلٌ ﴿١٤﴾

১৫। অমসুং মসি নত্তে রারেম রাচোই।

وَّمَا هُوَ بِالْهَزْلِ ﴿١٥﴾

১৬। তশেংবমক, মখোইনা তৌই (ফত্তবা) থৌরাং,

اِنَّهُمْ يَكِيْدُوْنَ كَيْدًا

১৭। অমসুং ঐ(সু) তৌই ঐগী থৌরাং ;

وَّاَكِيْدُ كَيْدًا

১৮। মরমদুনা মতম খরা পোখাবা পীয়ু লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদা। (অং) পীয়ু মখোইবু পোখাবা মতম খরগী।

فَمَهِّلِ الْكٰفِرِيْنَ اَمْهِلْهُمْ رُوَيْدًا

سُوْرَةُ الْاَعْلٰى مَكِّيَّةٌ (٨٧)

সূরহ ৮৭ অল- অ'অলা

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২০ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ

২। থাগৎচো কোলোয় মিংলেন নংগী মপু খ্বাইদগী ৱাংবগী,

سَبِّحِ اسْمَ رَبِّكَ الْاَعْلَى

৩। মহাকনা শেম-শাই, অদুগী তুংদা মপুং ফাহল্লি,

الَّذِيْ خَلَقَ فَسَوّٰى

৪। অমসুং মহাকনা নোংদমই, অদুগী তুংদা লমজিংই,

وَالَّذِيْ قَدَّرَ فَهَدٰى

৫। অমসুং মহাকনা থোকহল্লি শজিক হৌবা লমহাং,

وَالَّذِيْٓ اَخْرَجَ الْمَرْعٰى

৬। অদুগী তুংদা মদু কংশন্দুনা মুশল-কাশল্লকই।

فَجَعَلَهٗ غُثَآءً اَحْوٰى

৭। ঐখোইনা তম্বিগনি নংবু কুরআন মদু নংনা অমুক কাওবা নাইরোয়,

سَنُقْرِئُكَ فَلَا تَنْسٰٓى

৮। নত্তনা অল্লাহনা কাউহনবিনীংদরিমমখে। তশেংবমক মহাকনা খঙই অফোংবা অমসুং অরোনবা।

اِلَّا مَا شَآءَ اللّٰهُ اِنَّهٗ يَعْلَمُ الْجَهْرَ وَمَا يَخْفٰى

৯। অদুগা ঐখোইনা লায়না থোকহনবিগনি নংগীদমক অরায়বা লম্বী ;

وَنُيَسِّرُكَ لِلْيُسْرٰى

১০। মরমদুনা নীংশিঙঙু (মীশিংবু): তশেংবমক, নীংশিঙবনা কান্নগনি (মখোইদা)। فَذَكِّرْ إِن نَّفَعَتِ الذِّكْرَىٰ ۝١٠

১১। অল্লাহবু কিবা মীনা মপুকনিং চঙগনি (পাওমেন্দা), سَيَذَّكَّرُ مَن يَخْشَىٰ ۝١١

১২। তৌইগুম্বসুং ওক্তবা মীতনা মমায় ওথোক্কনি মদুদগী, وَيَتَجَنَّبُهَا الْأَشْقَى ۝١٢

১৩। মহাকদু চঙলগনি অচৌবা মৈকোন্নুংদা; الَّذِي يَصْلَى النَّارَ الْكُبْرَىٰ ۝١٣

১৪। অদুনা মহাক শিরোই মদুগী মনুংদা নত্তগা হিংলোই। ثُمَّ لَا يَمُوتُ فِيهَا وَلَا يَحْيَىٰ ۝١٤

১৫। তশেংবমক, মহাক চাওখৎপা শরুকনৈ মহাকনা শেংদোকচরবা মশামকপু, قَدْ أَفْلَحَ مَن تَزَكَّىٰ ۝١٥

১৬। অমসুং নীংশিঙজরবা কোলোয় মিংলেন মহাক্কী মপুগী অমসুং নমাজ (কায়দনা) তৌরবা। وَذَكَرَ اسْمَ رَبِّهِ فَصَلَّىٰ ۝١٦

১৭। তৌইগুম্বসুং নখোইনা হেন্না পামশল্লি তাইবঙ পুন্সিবু, بَلْ تُؤْثِرُونَ الْحَيَاةَ الدُّنْيَا ۝١٧

১৮। অদুম ওইনমক শিরবা মতুংগী পুন্সিনা হেন্না ফৈ অমসুং ভুংকোইবা হেল্লি। وَالْآخِرَةُ خَيْرٌ وَأَبْقَىٰ ۝١٨

১৯। তশেংবমক, মসি তাকখ্রবনি মমাংঙৈগী ধর্ম্ম-গ্রন্থশিংদা— إِنَّ هَٰذَا لَفِي الصُّحُفِ الْأُولَىٰ ۝١٩

২০। ধর্ম্ম-গ্রন্থশিংদা ইব্রাহীমগী অমসুং মুসাগী। صُحُفِ إِبْرَاهِيمَ وَمُوسَىٰ ۝٢٠

## سُوْرَةُ الْغَاشِيَةِ مَكِّيَّةٌ (٨٨)

সূরহ ৮৮ অল-গাশিয়হ

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২৭ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝١

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

هَلْ اَتٰىكَ حَدِيْثُ الْغَاشِيَةِ ۝٢

২। লাকত্রব্রা নংঙোন্দা পাও কি তুজুংবা থৌদোক অদুগী?

وُجُوْهٌ يَّوْمَىِٕذٍ خَاشِعَةٌ ۝٣

৩। মায় খরা নুমিৎ অদুদা নীংবা কায়গনি,

عَامِلَةٌ نَّاصِبَةٌ ۝٤

৪। নোমজরব্বা, রাজরব্বা।

تَصْلٰى نَارًا حَامِيَةً ۝٥

৫। চঙগদৌরি অচাকপা মৈকোন্নুংদা,

تُسْقٰى مِنْ عَيْنٍ اٰنِيَةٍ ۝٦

৬। পিথক্কনি ঈশিং ক্রুং-ক্রুং শৌবা ঈফুৎ অমদগী।

لَيْسَ لَهُمْ طَعَامٌ اِلَّا مِنْ ضَرِيْعٍ ۝٧

৭। ফংলোই মখোই চানবা চিঙ্গাক করিমতা নত্তনা অখাবা অমসুং তিংখং পানবা পাম্বী,

لَّا يُسْمِنُ وَلَا يُغْنِيْ مِنْ جُوْعٍ ۝٨

৮। মদুনা হকচাং য়োকখৎ-থৌগৎলোই নত্রগা কোকহল্লোই অরাম-খৌরাংবসু।

وُجُوْهٌ يَّوْمَىِٕذٍ نَّاعِمَةٌ ۝٩

৯। মায় খরদি নুমিৎ অদুদা নুংঙাইগনি,

لِّسَعْيِهَا رَاضِيَةٌ ۝١٠

১০। য়াবিদুনা মখোইনা হোৎনজরকখিবদু,

فِيْ جَنَّةٍ عَالِيَةٍ ۝١١

১১। অৱাংবা হৈকোন-লৈকোন্দা,

لَّا تَسْمَعُ فِيْهَا لَاغِيَةً ۝١٢

১২। মদুগী মনুংদা তারোই রারেম-রাচোই।

فِيْهَا عَيْنٌ جَارِيَةٌ ۝١٣

১৩। মদুগী মনুংদা লৈ অচেনবা ঈফুৎ অমা,

فِيْهَا سُرُرٌ مَّرْفُوْعَةٌ ۝١٤

১৪। মদুগী মনুংদা খিল্লি অৱাংবা গদ্দীশিং,

وَّاَكْوَابٌ مَّوْضُوْعَةٌ ۝١٥

১৫। অমসুং থমলি খুৎপায়ফম য়াওদবা গিলাসশিং,

وَّنَمَارِقُ مَصْفُوْفَةٌ ۝١٦

১৬। অমসুং মোত্তেকশিং পরেং-পরেং শীন্দোকলি,

وَّزَرَابِيُّ مَبْثُوْثَةٌ ۝١٧

১৭। অমসুং গালিচা ফিদাশিং (পরেং-পরেং থারি।

اَفَلَا يَنظُرُوْنَ اِلَى الْاِبِلِ كَيْفَ خُلِقَتْ۝

১৮। মখোইনা য়েংদব্রা উটশিং, করম্না শেম্বগে মখোইবু ?

وَاِلَى السَّمَآءِ كَيْفَ رُفِعَتْ۝

১৯। অমসুং স্বর্গ অসি, করম্না মসিবু থাংগৎপগে রাংনা ?

وَاِلَى الْجِبَالِ كَيْفَ نُصِبَتْ۝

২০। অমসুং চীংজাওশিং, করম্না মখোইবু খিনবগে ?

وَاِلَى الْاَرْضِ كَيْفَ سُطِحَتْ۝

২১। অমসুং পৃথিবী অসি, করম্না মসিবু শন্দোকপগে ?

فَذَكِّرْ اِنَّمَآ اَنْتَ مُذَكِّرٌ۝

২২। মরমদুনা নীংশিঙু ; নংদি নীংশিংহন্নবা হাপখিবা মীনি।

لَسْتَ عَلَيْهِمْ بِمُصَيْطِرٍ۝

২৩। নংবু (হাপখিবা) নত্তে পান্নবা মী অমা ওইনা মখোইগী মথক্তা—

اِلَّا مَنْ تَوَلّٰى وَكَفَرَ۝

২৪। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা মমায় ওথোকলবা অমসুং অচুম্বা থাজদ্রবদি,

فَيُعَذِّبُهُ اللّٰهُ الْعَذَابَ الْاَكْبَرَ۝

২৫। অল্লাহনা চৈরাক থাবিগনি মহাক্কী মথক্তা খ্বাইদগী হেন্না চাওবা রায়েল-চৈরাক।

اِنَّ اِلَيْنَآ اِيَابَهُمْ۝

২৬। তশেংবমক ঐখোইদা মখোই হল্লক্কনি,

ثُمَّ اِنَّ عَلَيْنَا حِسَابَهُمْ۝

২৭। মতমদুনা, তশেংবমক, ঐখোইনা হিসাব লৌবিগনি মখোইবু।

## سُوْرَةُ الْفَجْرِ مَكِّيَّةٌ (٨٩)

সূরহ ৮৯ অল-ফজর

হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৩১ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالْفَجْرِ ②

২। কসমনি নোংঙাল্লকপগী,

وَلَيَالٍ عَشْرٍ ③

৩। অমসুং অহিং তরাগী,

وَّالشَّفْعِ وَالْوَتْرِ ④

৪। অমসুং তুমা শুবা অমসুং শুদবগী,

وَالَّيْلِ اِذَا يَسْرِ ⑤

৫। অমসুং অহিং চৎথ্রবগী ;

هَلْ فِيْ ذٰلِكَ قَسَمٌ لِّذِيْ حِجْرٍ ⑥

৬। য়াওদব্রা কসমশিং অসিদা দলিলশিং জ্ঞান তাবা মীওইশিংগীদমক্তা ?

اَلَمْ تَرَ كَيْفَ فَعَلَ رَبُّكَ بِعَادٍ ⑦

৭। উখিদব্রা নংবু করম্না নংগী মপুনা তৌবিখিবা আদশিংবু,

اِرَمَ ذَاتِ الْعِمَادِ ⑧

৮। (নাগরিকশিংনি শহর) ইরম (গী), (মপুশিংনি) অরাংবা য়ুম-কৈশিংগী,

الَّتِيْ لَمْ يُخْلَقْ مِثْلُهَا فِي الْبِلَادِ ⑨

৯। মখোইদুগা মান্নবা শেম-শাখিদরি (অতৈ) শহরশিংদা—

وَثَمُوْدَ الَّذِيْنَ جَابُوا الصَّخْرَ بِالْوَادِ ⑩

১০। অমসুং সমূদ (কী মরমদা নং খণ্ডলব্রা) মখোইনা কক্কুনা শেমখি (ফজবা) য়ুমশিং অচৌবা নুংপাক্তা তম্পাক্কী লমদা ;

وَفِرْعَوْنَ ذِي الْاَوْتَادِ ⑪

১১। অমসুং ফিরঔন (গী মরমদসু নং খণ্ডলব্রা মহাক 'ওইখি) অচৌবা লানশংশিংগী মপু,

الَّذِيْنَ طَغَوْا فِي الْبِلَادِ ⑫

১২। মখোই লমকেৎ-লমহাইখি শহরশিং অদুদা,

فَاَكْثَرُوْا فِيْهَا الْفَسَادَ ⑬

১৩। অমসুং তৌখি লমচৎ নাইদবা থবক কয়া মদুগী মনুংদা।

فَصَبَّ عَلَيْهِمْ رَبُّكَ سَوْطَ عَذَابٍ ⑭

১৪। মরমদুনা নংগী মপুনা থোমজনখি মখোইগী মথক্তা অকনবা চৈরাক কয়া।

اِنَّ رَبَّكَ لَبِالْمِرْصَادِ ⑮

১৫। তশেংবমক, নংগী মপুনা লেঙদনা য়েংবিরি (মীশিংনা তৌবা থবকশিং)।

১৬। অদুদগী হেন্দোক্না মীগী মরমদা, মহাক্কী মপুনা চাং য়েংবদা মহাকপু অমসুং ইজ্জৎ পীবদা মহাকপু অমসুং চানবিরবদা মহাকপু, মহাকনা হায়ঃ "ঐগী মপুনা চাওহনবিরে ঐবু।"

فَاَمَّا الْاِنْسَانُ اِذَا مَا ابْتَلٰىهُ رَبُّهٗ فَاَكْرَمَهٗ وَنَعَّمَهٗ ۙ فَيَقُوْلُ رَبِّيْٓ اَكْرَمَنِ ⑮

১৭। তৌইগুম্বসুং মহাকনা চাং য়েংবদা মহাকপু অমসুং রাহন-নংহনবদা মহাকপু হিংনবা পাম্বৈ রাৎহনবিদুনা, মহাকনা হায়ঃ "অল্লাহনা চোপহনবিরে ঐবু।"

وَاَمَّآ اِذَا مَا ابْتَلٰىهُ فَقَدَرَ عَلَيْهِ رِزْقَهٗ ۙ فَيَقُوْلُ رَبِّيْٓ اَهَانَنِ ⑯

১৮। মদু নত্তে, তৌইগুম্বসুং নখোইনা ইজ্জৎ তৌদে পীতৎ-পাতৎপা মচাবু,

كَلَّا بَلْ لَّا تُكْرِمُوْنَ الْيَتِيْمَ ⑰

১৯। অমসুং নখোইনা তকশিন্দে অমনা অমবু পিজ-পিথকপদা লাইরববু,

وَلَا تَحٰٓضُّوْنَ عَلٰى طَعَامِ الْمِسْكِيْنِ ⑱

২০। অমসুং নখোইনা চাথোকই (অশোন-বশিংনা) স্বত্ব-ফংগদবা অদু লোয়নমক,

وَتَاْكُلُوْنَ التُّرَاثَ اَكْلًا لَّمًّا ⑲

২১। অমসুং নখোইনা পামশল্লি লন-থুম থোইদোক্না ।

وَّتُحِبُّوْنَ الْمَالَ حُبًّا جَمًّا ⑳

২২। মদু শুকয়া-য়াদে, পৃথিবী অসি মচেৎ-মচেৎ থুগায়রবা মতমদা,

كَلَّآ اِذَا دُكَّتِ الْاَرْضُ دَكًّا دَكًّا ㉑

২৩। অমসুং নংগী মপুনা লেঙথোরকপদা, স্বর্গ দূতশিংনা (থৌগাল তৌদুনা) পরেং-পরেং লেংদুনা ;

وَّجَآءَ رَبُّكَ وَالْمَلَكُ صَفًّا صَفًّا ㉒

২৪। অমসুং যম লৈবাক পুথোরক্লুনা থেল্লবদা নুমিৎ অদুদা, নুমিৎ অদুদা মীনা নীংশিঙগনি (মহাক্কী ফত্তবা থবকশিং), তৌইগুম্বসুং মদুগী নীংশঙবদুনা করি কান্নবা পীগনি মহাকপু ?

وَجِايْٓءَ يَوْمَىِٕذٍۢ بِجَهَنَّمَ ۙ يَوْمَىِٕذٍ يَّتَذَكَّرُ الْاِنْسَانُ وَاَنّٰى لَهُ الذِّكْرٰى ㉓

২৫। মহাকনা হায়গনিঃ "আঃ ওথোকপনি! ঐনা হান্না থাজরমলবদি (অফরা থবক খরদং) ঐগী পুন্সি (অসি)গী !"

يَقُوْلُ يٰلَيْتَنِيْ قَدَّمْتُ لِحَيَاتِيْ ㉔

২৬। মরমদুনা নুমিৎ অদুদা কনা অমতনা দণ্ড পীবা ঙমলোই মহাক্কী দণ্ডগুম,

فَيَوْمَىِٕذٍ لَّا يُعَذِّبُ عَذَابَهٗٓ اَحَدٌ ㉕

| | |
|---|---|
| وَلَا يُوثِقُ وَثَاقَهُ أَحَدٌ ۝٢٦ | ২৭। অমসুং কনা অমতনা ফাজনবা ঙমলোই মহাক্কী ফাজনবগুম। |
| يَا أَيَّتُهَا النَّفْسُ الْمُطْمَئِنَّةُ ۝٢٧ | ২৮। হে থরাই ! ঈংনা পোথানীংলবশিং |
| ارْجِعِي إِلَىٰ رَبِّكِ رَاضِيَةً مَرْضِيَّةً ۝٢٨ | ২৯। হল্লকলো নংগী মপুগী মনাক্তা নশানা হরাও-হরাও য়াদুনা অমসুং মহাক না(সু) পুমপেন-পেনবিরদুনা। |
| فَادْخُلِي فِي عِبَادِي ۝٢٩ | ৩০। মরমদুনা চঙঙু নখোই ঐগী ইনাইশিংগী মরক্তা, |
| وَادْخُلِي جَنَّتِي ۝٣٠ | ৩১। অমসুং চঙঙু নখোই ঐগী স্বর্গ লৈকোন্দা। |



সূরহ ৯০ অল-বলদ

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২১ নি)

| | |
|---|---|
| بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ۝١ | ১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা। |
| لَا أُقْسِمُ بِهَٰذَا الْبَلَدِ ۝٢ | ২। নত্তে, কসমনি শহর অসিগী, |
| وَأَنْتَ حِلٌّ بِهَٰذَا الْبَلَدِ ۝٣ | ৩। অমসুং নং শহর অসিদা লৈবা মী অমনি, |
| وَوَالِدٍ وَمَا وَلَدَ ۝٤ | ৪। অমসুং অপোকপগী অমসুং মহাক্কী মচা নিপাগী, |
| لَقَدْ خَلَقْنَا الْإِنْسَانَ فِي كَبَدٍ ۝٥ | ৫। তশেংবমক ঐখোইনা শেমখি মীবু থবক নোম্নবা অমসুং কন্না হোৎননবা। |
| أَيَحْسَبُ أَنْ لَنْ يَقْدِرَ عَلَيْهِ أَحَدٌ ۝٦ | ৬। মহাকনা খনব্রা কনা অমতগী শক্তি লৈতে মহাক্কী মথক্তা ? |
| يَقُولُ أَهْلَكْتُ مَالًا لُبَدًا ۝٧ | ৭। মহাকনা (চাউথোক্না) হায় ঃ "ঐনা উরায়খ্রে লন-থুম য়াম্না।" |
| أَيَحْسَبُ أَنْ لَمْ يَرَهُ أَحَدٌ ۝٨ | ৮। মহাকনা খনব্রা কনা অমতনা য়েংশন্দে মহাকপু ? |

৯। পীখিদব্রা ঐখোইনা মহাকপু মিৎ অনি,

১০। অমসুং লৈতোন অমা অমসুং চীনবান অনি ?

১১। অমসুং ঐখোইনা উৎতুনা তাকখিদব্রা মহাকপু লম্বী অনি (অফবা অমসুং ফত্তবগী) ;

১২। তৌইগুম্বসুং মহাকনা হোৎনদে (ফংনবা) অৱাংবা কাবগী লম্বীদু :

১৩। অমসুং করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু অৱাংবা কাবগী লম্বী হায়বদি করিনো ?

১৪। মসি নীং তমহনবনি মীনাইবু,

১৫। নত্ত্রগা পিজ-পিথকপা চাবা ফংদবা নুমিৎ অমদা—

১৬। পীতৎ-পাতৎপা মচা মরী থোক্লববু,

১৭। নত্ত্রগা লাইরবা উফুল-রাইফুলদা ওল্লববু।

১৮। মতমদুদা মহাক ওইগদবনি থাজবা অমসুং তকশনবা অমগা অমগা নুংশিবিবদা।

১৯। মখোইসি মরূপশিংনি য়েৎথংবা খুৎকী।

২০। তৌইগুম্বসুং ঐখোইগী খুদমশিংবু থাজদবশিংদু, মখোই মরূপশিংনি ওইথংবা খুৎকী।

২১। মখোইগী মথক্তা মৈ অমা হৌবিগনি পুংকোয়-কোয়না ওমশন্দুনা।

أَلَمْ نَجْعَل لَّهُۥ عَيْنَيْنِ ٩

وَلِسَانًا وَشَفَتَيْنِ ١٠

وَهَدَيْنَٰهُ ٱلنَّجْدَيْنِ ١١

فَلَا ٱقْتَحَمَ ٱلْعَقَبَةَ ١٢

وَمَآ أَدْرَىٰكَ مَا ٱلْعَقَبَةُ ١٣

فَكُّ رَقَبَةٍ ١٤

أَوْ إِطْعَٰمٌ فِى يَوْمٍ ذِى مَسْغَبَةٍ ١٥

يَتِيمًا ذَا مَقْرَبَةٍ ١٦

أَوْ مِسْكِينًا ذَا مَتْرَبَةٍ ١٧

ثُمَّ كَانَ مِنَ ٱلَّذِينَ ءَامَنُوا۟ وَتَوَاصَوْا۟ بِٱلصَّبْرِ وَتَوَاصَوْا۟ بِٱلْمَرْحَمَةِ ١٨

أُو۟لَٰٓئِكَ أَصْحَٰبُ ٱلْمَيْمَنَةِ ١٩

وَٱلَّذِينَ كَفَرُوا۟ بِـَٔايَٰتِنَا هُمْ أَصْحَٰبُ ٱلْمَشْـَٔمَةِ ٢٠

عَلَيْهِمْ نَارٌ مُّؤْصَدَةٌۢ ٢١

## سُوْرَةُ الشَّمْسِ مَكِّيَّةٌ

(٩١)

সূরহ ৯১ অল-শমস

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ১৬ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। কসমনি সূর্য্য নুমিৎকী অমসুং মাগী অরংবা মঙালগী,

وَالشَّمْسِ وَضُحٰهَا ②

৩। অমসুং কসমনি চন্দ্র থাগী মানা তুংইল্লি নুমিৎকী,

وَالْقَمَرِ اِذَا تَلٰهَا ③

৪। অমসুং কসমনি নুংথিলগী মানা উৎথোকপগী নুমিৎকী পুম্লং-লংবা মঙাল,

وَالنَّهَارِ اِذَا جَلّٰهَا ④

৫। অমসুং কসমনি অহিংগী মানা ইকুপ-কুপশনবগী (সংসারবু),

وَالَّيْلِ اِذَا يَغْشٰهَا ⑤

৬। অমসুং কসমনি স্বর্গগী অমসুং মাগী (অঙকপা খুৎশেমগী),

وَالسَّمَآءِ وَمَا بَنٰهَا ⑥

৭। অমসুং কসমনি পৃথিবীগী অমসুং মাবু (পাক-চাওনা) শন্দোকপগী,

وَالْاَرْضِ وَمَا طَحٰهَا ⑦

৮। অমসুং কসমনি থৱাইগী অমসুং মাবু মপুং ফাহনবগী,

وَنَفْسٍ وَّمَا سَوّٰهَا ⑧

৯। অমসুং মহাকনা তাকপিবগী মাবু মাগী ফত্তবা অমসুং মাগী অফবা,

فَاَلْهَمَهَا فُجُوْرَهَا وَتَقْوٰىهَا ⑨

১০। তশেংবমক থৱাইবু শেংনা থম্বা মীদু চাওখৎলি,

قَدْ اَفْلَحَ مَنْ زَكّٰىهَا ⑩

১১। তৌইগুম্বসুং থৱাইবু মোৎনা থম্বা মীদু লৈখাতাই।

وَقَدْ خَابَ مَنْ دَسّٰىهَا ⑪

১২। সমূদ কাঙলুপনা য়াখিদে (অচুম্বা ধর্ম্ম পাওজেন) মখোইনা কা হেন্না লম হেনখিবনা,

كَذَّبَتْ ثَمُوْدُ بِطَغْوٰىهَآ ⑫

১৩। মখোইগী মরক্তগী খ্বাইদগী হেন্না ফত্তবা(মী অম)না হৌগৎখি (হাৎকদবগী মখোইগী নবীগী উট্‌ অদু)।

اِذِ انْۢبَعَثَ اَشْقٰىهَا ⑬

১৪। মতমদুদা (অল্লাহগী) রসুলনা হায়খিঃ "(য়েৎপিগনু) অল্লাহগী উট অমোমদু অমসুং ঈশিং পিথকউ মাবু।"

فَقَالَ لَهُمْ رَسُولُ اللَّهِ نَاقَةَ اللَّهِ وَسُقْيَاهَا ﴿١٣﴾

১৫। তৌইগুম্বসুং মখোইনা য়াখিদে মহাকপু অমসুং উট অদুগী ফৈগল কক্তুনা মখোঙ তেকহন-বিখি; মরমদুনা মখোইগী মপুনা মাঙ-তাকহন-বিখি মখোইবু পুমলোয়-লোয়না, চপ মান্ননা, মখোইগী মপাপকী মরম্না,

فَكَذَّبُوهُ فَعَقَرُوهَا فَدَمْدَمَ عَلَيْهِمْ رَبُّهُم بِذَنبِهِمْ فَسَوَّاهَا ﴿١٤﴾

১৬। অমসুং মহাকনা (অসুম্না) করিসু পররা তৌবিদে তুং-তাবা মহে মদুগী।

وَلَا يَخَافُ عُقْبَاهَا ﴿١٥﴾



সূরহ ৯২

অল-লৈল

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২২ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ﴿١﴾

২। কসমনি অহিংগী মানা পুমকুপ-কুপশনবগী,

وَاللَّيْلِ إِذَا يَغْشَىٰ ﴿٢﴾

৩। অমসুং কসমনি নুংথিলগী মানা ইঙান-ঙান্হোকপগী,

وَالنَّهَارِ إِذَا تَجَلَّىٰ ﴿٣﴾

৪। অমসুং কসমনি শেম-শাখিবগী লাবা অমসুং অমোম,

وَمَا خَلَقَ الذَّكَرَ وَالْأُنثَىٰ ﴿٤﴾

৫। তশেংবমক, নখোইগী হোৎনবা (থৌরম থৌদাশিং) তোঙান-তোঙান্নি।

إِنَّ سَعْيَكُمْ لَشَتَّىٰ ﴿٥﴾

৬। মরমদুনা (অল্লাহগী মরমদা) পীথোকপা মহাকদু অমসুং ধর্ম্ম কায়দবা,

فَأَمَّا مَنْ أَعْطَىٰ وَاتَّقَىٰ ﴿٦﴾

৭। অমসুং সাক্ষী ওইবগী অচুম্বগী,

وَصَدَّقَ بِالْحُسْنَىٰ ﴿٧﴾

৮। ঐখোইনা লায়না থোকহনবিগনি মহাক্কী-দমক অরাবা লৈতবা (লম্বী খুদিং)।

فَسَنُيَسِّرُهُ لِلْيُسْرَىٰ ﴿٨﴾

وَ اَمَّا مَنْۢ بَخِلَ وَ اسْتَغْنٰى ٨

৯। তৌইগুম্বসুং অরীকপা কুপশু ত্রমসুং থৌওই-ব্লাওইদবা মহাকদু,

وَ كَذَّبَ بِالْحُسْنٰى ٩

১০। অমসুং য়াদবগী অচুম্ববু,

فَسَنُيَسِّرُهٗ لِلْعُسْرٰى ١٠

১১। ঐখোইনা লায়না থোকহনবিগনি মহাক্কী-দমক অৱাবগী (লম্বী)।

وَ مَا يُغْنِيْ عَنْهُ مَالُهٗۤ اِذَا تَرَدّٰى ١١

১২। অদুগা মহাক্কী লন-থুমনা পীরোই কান্নবা করিমতা মহাকপু — মহাকনা শিবা মতমদা।

اِنَّ عَلَيْنَا لَلْهُدٰى ١٢

১৩। তশেংবমক, ঐখোইনা তৌবদি লমজিং-বতনি,

وَ اِنَّ لَنَا لَلْاٰخِرَةَ وَ الْاُوْلٰى ١٣

১৪। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা মপুনি আখেরত অমসুং তাইবঙ পুন্সি (অনিমক্কী)।

فَاَنْذَرْتُكُمْ نَارًا تَلَظّٰى ١٤

১৫। মরমদুনা ঐনা চেকশন্নবা হায়বিরিবনি নখোইবু খাম্বি মৈত্রেং অরাবা অমগী;

لَا يَصْلٰىهَاۤ اِلَّا الْاَشْقَى ١٥

১৬। চঙলোই কনা অমতা মদুদা নত্তনা খ্বাইদগী হেন্না লমচৎ নাইদবা মীদু,

الَّذِيْ كَذَّبَ وَ تَوَلّٰى ١٦

১৭। মহাকনা য়াদে (অচুম্ববু) অমসুং মতুং হন্দোকই।

وَ سَيُجَنَّبُهَا الْاَتْقَى ١٧

১৮। তৌইগুম্বসুং ধৰ্ম্ম কায়দবা মহাকদু ঙাকপিগনি মদুদগী,

الَّذِيْ يُؤْتِيْ مَالَهٗ يَتَزَكّٰى ١٨

১৯। মহাকনা পীথোকই মহাক্কী লন-থুম শেংদোকচনবগী মশাবু।

وَ مَا لِاَحَدٍ عِنْدَهٗ مِنْ نِّعْمَةٍ تُجْزٰۤى ١٩

২০। অমসুং মহাক লমল তোন্দে কনাগুম্বা অমদা—মদু হন্না পীগদবা।

اِلَّا ابْتِغَآءَ وَجْهِ رَبِّهِ الْاَعْلٰى ٢٠

২১। নত্তনা (মহাকনা পীথোকই মহাক্কী লন-থুম) য়াবিনবা হোৎনবগী মহাক্কী মপুনা, (মহাক্তি) খ্বাইদগী রাংবনি;

وَ لَسَوْفَ يَرْضٰى ٢١

২২। অমসুং থুনা মহাক (কী মপু) না য়াবিরগনি (মহাকপু)।

# سُوْرَةُ الضُّحٰى مَكِّيَّةٌ (٩٣)

অল-দুহা সূরহ ৯৩

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ১২ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالضُّحٰى ②

২। কসমনি চাকচমাংগী লংত্রিক-লংবা মতৌগী,

وَاللَّيْلِ اِذَا سَجٰى ③

৩। অমসুং কসমনি অহিংগী মাগী অমম্বনা ইকুপ-কুপশল্লকপগী,

مَا وَدَّعَكَ رَبُّكَ وَمَا قَلٰى ④

৪। নংগী মপুনা থাদোকপিদে নংবু, নত্তগা মহাকনা য়ানীংদবা তৌদে নংবু।

وَلَلْاٰخِرَةُ خَيْرٌ لَّكَ مِنَ الْاُوْلٰى ⑤

৫। তশেংবমক, নংগী তুংগী পুন্সিনা ফবা হেনগনি হৌজিকী পুন্সিদগী।

وَلَسَوْفَ يُعْطِيْكَ رَبُّكَ فَتَرْضٰى ⑥

৬। অদুগা নংগী মপুনা থুনা পীবিগনি নংবু মদুগা লোয়ননা নং শরুক্কগনি অপেনবা।

اَلَمْ يَجِدْكَ يَتِيْمًا فَاٰوٰى ⑦

৭। ফংখিদব্রা মহাকনা নংবু পীতৎ-পাতৎপা মচা অমা ওইনা অমসুং পীখিদব্রা (নংবু) চঙজফম ?

وَوَجَدَكَ ضَآلًّا فَهَدٰى ⑧

৮। অমসুং ফংখি নংবু মারি-শারি চথবা, মরমদুনা মহাকনা লমজিংবিখি নংবু;

وَوَجَدَكَ عَآئِلًا فَاَغْنٰى ⑨

৯। অমসুং ফংখি নংবু লৈত-লাইরবা, মরমদুনা মহাকনা ইনাক খুনহনবিখি নংবু।

فَاَمَّا الْيَتِيْمَ فَلَا تَقْهَرْ ⑩

১০। মরমদুনা পীতৎ-পাতৎপা মচাবু, ওৎ-নৈবা তৌগনু।

وَاَمَّا السَّآئِلَ فَلَا تَنْهَرْ ⑪

১১। অমসুং (নতেং) নীজবা মহাকদুবু চৈবিগনু।

وَاَمَّا بِنِعْمَةِ رَبِّكَ فَحَدِّثْ ⑫ ع

১২। অদুগা নংগী মপুগী থৌজালদু লাউথোকও (খ্বাই পুম্নমক্তা)।



سُوْرَةُ الْاِنْشِرَاحِ مَكِّيَّةٌ (٩٤)

সূরহ ৯৪ অল-ইনশিরাহ

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৯ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

اَلَمْ نَشْرَحْ لَكَ صَدْرَكَ ②

২। ঐখোইনা শন্দোকখিদব্রা নংগীদমক নংগী থবাক,

وَوَضَعْنَا عَنْكَ وِزْرَكَ ③

৩। অমসুং লৌথোকপিখিদব্রা নংঙোন্দগী নংগী নম্বো,

الَّذِيْٓ اَنْقَضَ ظَهْرَكَ ④

৪। মদুনা তেকহন্নীং-তেকহন্নীং তৌরম্মী নংগী নঙ্গল,

وَرَفَعْنَا لَكَ ذِكْرَكَ ⑤

৫। অমসুং ঐখোইনা রাংনা থাংগৎপিখিদব্রা নংগী কোলোয় নমিং ?

فَاِنَّ مَعَ الْعُسْرِ يُسْرًا ⑥

৬। তশেংবমক, শাথীনা অরাবা নংলবা মতুংদা ফংবনি নুংঙাইবা,

اِنَّ مَعَ الْعُسْرِ يُسْرًا ⑦

৭। তশেংবমক, শাথীনা অরাবা নংলবা মতুংদা ফংবনি নুংঙাইবা।

فَاِذَا فَرَغْتَ فَانْصَبْ ⑧

৮। মরমদুনা (থবক্তগী) নং হেক রাইশংবগা, কন্না হোৎনৌ;

وَاِلٰى رَبِّكَ فَارْغَبْ ⑨

৯। অমসুং নংগী মপুদা ওনশিল্লু নথরাইপুম্বা য়াওনা।

سُوْرَةُ التِّيْنِ مَكِّيَّةٌ (٩٥)

অল-তীন সূরহ ৯৫

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ৯ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা. থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالتِّيْنِ وَالزَّيْتُوْنِ ②

২। কসমনি অনজিরগী অমসুং চোরফোনগী,

وَطُوْرِ سِيْنِيْنَ ③

৩। অমসুং কসমনি সিনাই চীংগী,

وَهٰذَا الْبَلَدِ الْاَمِيْنِ ④

৪। অমসুং কসমনি খুদোংথীবা লৈতবা শহর অসিগী,

لَقَدْ خَلَقْنَا الْاِنْسَانَ فِيْٓ اَحْسَنِ تَقْوِيْمٍ ⑤

৫। তশেংবমক, ঐখোইনা শেমখি মীবু খ্বাইদগী হেন্না ফজবা মওংদা;

ثُمَّ رَدَدْنٰهُ اَسْفَلَ سٰفِلِيْنَ ⑥

৬। অদুগী তুংদা. (মহাকনা ফত্তরম লম্বীনরবদি) ঐখোইনা তোল্থহল্লি মহাকপু খ্বাইদগী হেন্না তোল্লবা ফিবমদা,

اِلَّا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ فَلَهُمْ اَجْرٌ غَيْرُ مَمْنُوْنٍ ⑦

৭। নত্তনা অচুম্বা থাজবা অমসুং অফম্বা থবকশিং লম্বীনবা মখোইদু: মরমদুনা মখোইগীদমক্তি লোয়-খম্বা নাইদবা মনা-মথিন্নি।

فَمَا يُكَذِّبُكَ بَعْدُ بِالدِّيْنِ ⑧

৮। মরমদুনা কনানা ঙমগনি মীনম্বা তাহনবা নংবু (অসিগী) মতুংদা রায়েল বিচার (নুমিৎ)গী মরমদা ?

اَلَيْسَ اللّٰهُ بِاَحْكَمِ الْحٰكِمِيْنَ ⑨

৯। নত্তব্রা অল্লাহনা খ্বাইদগী হেন্না অশিংবা রায়েল-লাকপশিংগী ?

## سُوۡرَةُ الۡعَلَقِ مَكِّيَّةٌ (٩٦)

অল-'অলক সূরহ ৯৬

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২০ নি)

بِسۡمِ اللّٰهِ الرَّحۡمٰنِ الرَّحِيۡمِ (١)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

اِقۡرَاۡ بِاسۡمِ رَبِّكَ الَّذِىۡ خَلَقَ (٢)

২। হায়দোকও নংবু শেম-শাবিখিবা মপুগী কোলোয় মিংলেন,

خَلَقَ الۡاِنۡسَانَ مِنۡ عَلَقٍ (٣)

৩। শেমখি মীবু ফমজল্লবা ঈ মতুম অমদগী;

اِقۡرَاۡ وَرَبُّكَ الۡاَكۡرَمُ (٤)

৪। হায়দোকও! অমসুং নংগী মপুদি খ্বাইদগী হেন্না পুকচেন চাওবনি,

الَّذِىۡ عَلَّمَ بِالۡقَلَمِ (٥)

৫। মহাকনা তম্বিখি কলম (শীজম্নবা),

عَلَّمَ الۡاِنۡسَانَ مَا لَمۡ يَعۡلَمۡ (٦)

৬। তম্বিখি মীবু মহাকনা খঙলমদবদু।

كَلَّاۤ اِنَّ الۡاِنۡسَانَ لَيَطۡغٰٓى (٧)

৭। নত্তে, তশেংবমক মীদি লম হেল্লি,

اَنۡ رَّاٰهُ اسۡتَغۡنٰى (٨)

৮। মরমদি মহাকনা খল্লি মশামকপু নীং তমজরিবনি হায়না।

اِنَّ اِلٰى رَبِّكَ الرُّجۡعٰى (٩)

৯। তশেংবমক, (মী পুম্নমক) হনজনগদবনি নংগী মপুদা।

اَرَءَيۡتَ الَّذِىۡ يَنۡهٰى (١٠)

১০। নং উরব্রা মহাকনা থিংবা—

عَبۡدًا اِذَا صَلّٰى (١١)

১১। (ঐখোইগী) ইনাই অমবু মহাকনা নমাজ তৌবদা?

اَرَءَيۡتَ اِنۡ كَانَ عَلَى الۡهُدٰٓى (١٢)

১২। নং উরব্রা (ঐখোইগী ইনাইনা) লমজিং ইনবা,

اَوۡ اَمَرَ بِالتَّقۡوٰى (١٣)

১৩। নত্তগা ময়াথং পীবা অচুম্বা চৎনবা?

اَرَءَيۡتَ اِنۡ كَذَّبَ وَتَوَلّٰى (١٤)

১৪। নং উরব্রা মহাকনা (অচুম্বা) য়াদবা অমসুং তুং হন্দোকপা,

اَلَمۡ يَعۡلَمۡ بِاَنَّ اللّٰهَ يَرٰى (١٥)

১৫। মহাকনা খঙদব্রা অল্লাহনা য়েংলি মহাকপু?

كَلَّا لَـئِنۡ لَّمۡ يَنۡتَهِ ۙ لَنَسۡفَعًۢا بِالنَّاصِيَةِ (١٦)

১৬। অসুম্না তৌবা য়ারোই, মহাকনা তোক্লবদি, ঐখোইনা শোয়দনমক (ফাবিগনি অমসুং) শোরো-শোরো চিংবিগনি মহাকপু লুমাং শমদোং লাক্লুনা,

১৭। মীনম্বা, পাপচেনবা লুমাং-শমনি। نَاصِيَةٍ كَاذِبَةٍ خَاطِئَةٍ ﴿١٦﴾

১৮। মরমদুনা মহাক কৌজসনু মহাক্কী তিন্ন-জরম্বশিং (তেংবাংনবা মহাকপু), فَلْيَدْعُ نَادِيَهُ ﴿١٧﴾

১৯। ঐখোই(সু) কৌরগনি (ঐখোইগী) সন্ত্রীশিং (হুনজন্নবা মহাকপু নরকতা)। سَنَدْعُ الزَّبَانِيَةَ ﴿١٨﴾

২০। নত্তে, নং ইনগনু মহাকনা হায়বদা, তৌইগুম্বসুং নকোক লুকথদুনা খুরুম্মু অমসুং নকশন্নবা তৌ (অল্লাহদা)। كَلَّا لَا تُطِعْهُ وَاسْجُدْ وَاقْتَرِبْ ﴿١٩﴾



সূরহ ৯৭ অল-কদর

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৬ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ﴿١﴾

২। তশেংবমক, ঐখোইনা থাখি (কুরআন) অসি শক্তি লৈবা অহিংদা, إِنَّا أَنزَلْنَاهُ فِي لَيْلَةِ الْقَدْرِ ﴿٢﴾

৩। অমসুং করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু শক্তি লৈবা অহিং হায়বদি করিনো? وَمَا أَدْرَاكَ مَا لَيْلَةُ الْقَدْرِ ﴿٣﴾

৪। শক্তি লৈবা অহিংদি ফবা হেল্লি লোইদাম থাবুম লিশিং অমদগী। لَيْلَةُ الْقَدْرِ خَيْرٌ مِّنْ أَلْفِ شَهْرٍ ﴿٤﴾

৫। মদুগী মনুংদা কুমথরকই স্বর্গ দুতশিং অমসুং 'রুহ' মখোইগী মপুগী ময়াথংনা—থবক খুদিংমক (শীল্লাঙনবা)। تَنَزَّلُ الْمَلَائِكَةُ وَالرُّوحُ فِيهَا بِإِذْنِ رَبِّهِم مِّن كُلِّ أَمْرٍ ﴿٥﴾

৬। (অহিং অসি) মপুংফাবা শান্তিনি ইনুং শোরা তৈনা ঙান্দরিবা ফাওবা। سَلَامٌ هِيَ حَتَّىٰ مَطْلَعِ الْفَجْرِ ﴿٦﴾

سُوْرَةُ الْبَيِّنَةِ مَدَنِيَّةٌ

সূরহ ৯৮ অল-বৈয়িনহ

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৯ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

لَمْ يَكُنِ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا مِنْ اَهْلِ الْكِتٰبِ وَالْمُشْرِكِيْنَ مُنْفَكِّيْنَ حَتّٰى تَاْتِيَهُمُ الْبَيِّنَةُ ①

২। অচুম্বা থাজদবশিং (হান্না) কিতাব পীগ্রবা মীশিংগী মরক্তগী অমসুং মূর্তি ঈরাৎপশিংগী (মরক্তগী) মখোইদু থাদোকপা ঙমখিদে নীংজিং-মাঙজিংনবা লাকখিদরিবা ফাওবা মখোইদা তশেংবা প্রমাণ,

رَسُوْلٌ مِّنَ اللّٰهِ يَتْلُوْا صُحُفًا مُّطَهَّرَةً ②

৩। ধর্ম্ম পাওত্তাকপা মী অমা অল্লাহগী মায়কৈদগী, থীথদুনা মখোইদা অশেংবা লাইরিকশিং (ফোংদোকপিখিবা রাপাওশিংগী),

فِيْهَا كُتُبٌ قَيِّمَةٌ ③

৪। মদুগী মনুংদা য়াওরি কুইনা চৎকদবা য়াথংশিং।

وَمَا تَفَرَّقَ الَّذِيْنَ اُوْتُوا الْكِتٰبَ اِلَّا مِنْۢ بَعْدِ مَا جَآءَتْهُمُ الْبَيِّنَةُ ④

৫। অদুগা (হান্না) কিতাব পীগ্রবা মীশিংনা কাওবু খায়দোকপা তৌখিরমদে (মখোইগী মরক্তা) তশেংবা প্রমাণ লাকখিদরিবা মতুং ফাওবা মখোইদা।

وَمَآ اُمِرُوْٓا اِلَّا لِيَعْبُدُوا اللّٰهَ مُخْلِصِيْنَ لَهُ الدِّيْنَ ۙ حُنَفَآءَ وَيُقِيْمُوا الصَّلٰوةَ وَيُؤْتُوا الزَّكٰوةَ وَذٰلِكَ دِيْنُ الْقَيِّمَةِ ⑤

৬। অদুগা মখোইবু য়াথংনবিখিদে নত্তনাঃ অল্লাহগী ভক্তি তৌ পুকচেন তিংনা মহাক্কী ময়াথং ইন্দুনা, ধর্ম্ম চুম্না চত্তুনা—অমসুং চাং নাইনা নমাজ তৌ অমসুং(চুম্না) পীয়ু 'জকাত': অমসুং মসিনি অচুম্বা ধর্ম্ম হায়রিবদু।

اِنَّ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا مِنْ اَهْلِ الْكِتٰبِ وَالْمُشْرِكِيْنَ فِيْ نَارِ جَهَنَّمَ خٰلِدِيْنَ فِيْهَا ۗ اُولٰٓئِكَ هُمْ شَرُّ الْبَرِيَّةِ ⑥

৭। তশেংবমক, অচুম্বা থাজদবশিংদো, (হান্না) কিতাব পীগ্রবা মীশিংগী মরক্তগী অমসুং মূর্তি ঈরাৎপশিংগী (মরক্তগী), (হুনজনবিগনি) নরক মৈকোমনুংদা, লৈগনি মদুগী মনুংদা (মতম কুইনা)। মখোইদু জীবশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না ফত্তবনি।

إِنَّ الَّذِينَ آمَنُوا وَعَمِلُوا الصَّالِحَاتِ أُولَٰئِكَ هُمْ خَيْرُ الْبَرِيَّةِ ۝

৮। তশেংবমক, অচুম্বা থাজবশিং অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনবা—মখোইদু জীবশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না ফবনি।

جَزَاؤُهُمْ عِندَ رَبِّهِمْ جَنَّاتُ عَدْنٍ تَجْرِي مِن تَحْتِهَا الْأَنْهَارُ خَالِدِينَ فِيهَا أَبَدًا ۖ رَّضِيَ اللَّهُ عَنْهُمْ وَرَضُوا عَنْهُ ۚ ذَٰلِكَ لِمَنْ خَشِيَ رَبَّهُ ۝

৯। মখোইগী মনা-মথিন্দি লৈ মখোইগী মপুগী মনাক্তা ঃ মতমপুম্বদা লেঙদ্রবা স্বর্গ লৈকোম্নি মদুগী মখাদা তুরেলশিং ঈচেল্লি, লৈরগনি মখোই মদুগী মনুংদা লোম্বা নাইদনা। অল্লাহনা পেনবিরে মখোইবু অমসুং মখোইনসু পেনজরে অল্লাহদা। মসি (শেম-শাদুনা থম্বিরি) অদুগুম্বা মীতাগী—মহাকনা কি হঙ্গোয়জরম্বা মহাক্কী মপুবু।


سُورَةُ الزِّلْزَالِ مَكِّيَّةٌ (٩٩)


অল-জিলজাল | সূরহ ৯৯

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৯ নি)

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা

إِذَا زُلْزِلَتِ الْأَرْضُ زِلْزَالَهَا ۝

২। পৃথিবীনা (চেংখৈ য়াংকোক্লনা) থক-থক নীকলবা মতমদা,

وَأَخْرَجَتِ الْأَرْضُ أَثْقَالَهَا ۝

৩। অমসুং পৃথিবীনা পুথোরকলবদা মাগী পোৎলুমশিং,

وَقَالَ الْإِنسَانُ مَا لَهَا ۝

৪। অমসুং মীনা হায়গনি ঃ "মসি করি তৌরবগে ?"

يَوْمَئِذٍ تُحَدِّثُ أَخْبَارَهَا ۝

৫। কোরৌ নুমিৎ অদুদা মানা খঙহনগনি মাগী পাওজেন,

بِأَنَّ رَبَّكَ أَوْحَىٰ لَهَا ۝

৬। মরমদি নংগী মপুনা লাইতাক পীগনি মাগী মরমদা।

يَوْمَئِذٍ يَصْدُرُ النَّاسُ أَشْتَاتًا لِّيُرَوْا أَعْمَالَهُمْ ۝

৭। কোরৌ নুমিৎ অদুদা মীশিং (নীংবা মাম্নবশিংগী মরূপ) লাক্কনি কাঙবু – কাঙবু খায়দোক্লুনা অদুনা মখোইবু উহনবিনবা (ফলশিং) মখোইগী থবকশিংগী।

فَمَنْ يَّعْمَلْ مِثْقَالَ ذَرَّةٍ خَيْرًا يَّرَهٗ ۝٧

৮। মতমদুদা কনাগুম্বনা তৌজখিবদু অফবা খুজিনমুক উগনি মদু,

وَمَنْ يَّعْمَلْ مِثْقَالَ ذَرَّةٍ شَرًّا يَّرَهٗ ۝٨

৯। অমসুং কনাগুম্বনা তৌজখিবদু ফত্তবা খুজিনমুক উগনি মদু।

 سُوْرَةُ الْعٰدِيٰتِ مَكِّيَّةٌ 

সূরহ ১০০ অল-'আদিয়াত

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ১২ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالْعٰدِيٰتِ ضَبْحًا ۝١

২। কসমনি লানশা শগোলনা খর-খর লাউনা সোর হোন্দুনা খুরুপ চেনবগী (লান্দা),

فَالْمُوْرِيٰتِ قَدْحًا ۝٢

৩। মৈ ইলং-লংনা কাপথোকপগী (মখোইগী লোঙখুমশিংনা),

فَالْمُغِيْرٰتِ صُبْحًا ۝٣

৪। ইনুং ঙাল্লকপদা (লান খঙতা- তাবগী) গ্রী-গ্রী তকশনবগী,

فَاَثَرْنَ بِهٖ نَقْعًا ۝٤

৫। (মখোইনা ফুজল্লকপদা) উফুল ফ্রং-ফ্রং হৌদুনা (লৈচিন নোংফাইগুম) পাইখৎপগী,

فَوَسَطْنَ بِهٖ جَمْعًا ۝٥

৬। য়েক্লবা (তেঙ্গোল)গী মরক্তা খুদক্তা পাইশনবগী (পুল্লপ ওইনা),

اِنَّ الْاِنْسَانَ لِرَبِّهٖ لَكَنُوْدٌ ۝٦

৭। তশেংবমক, মীনা তৌবিমল খঙদে মহাক্কী মপুদা ;

وَاِنَّهٗ عَلٰى ذٰلِكَ لَشَهِيْدٌ ۝٧

৮। অমসুং মহাক (মশানা তৌবা থবকশিংনা) তশেংবা সাক্ষীনি ;

وَاِنَّهٗ لِحُبِّ الْخَيْرِ لَشَدِيْدٌ ۝٨

৯। অমসুং তশেংবমক, লন-থুম পাম্বদা মহাক তমথী।

اَفَلَا يَعْلَمُ اِذَا بُعْثِرَ مَا فِى الْقُبُوْرِ ۝٩

১০। খঙদব্রা মহাকনা কবর মনুংদা লৈবশিংদু হিংগৎহল্লবা মতমদা,

১১। অমসুং (মীশিংগী) থবাক মনুংশিংদা (লোৎশন্দুনা লৈবদু) ফোংদোকপিরবদা,

وَحُصِّلَ مَا فِي الصُّدُورِ ⑩

১২। তশেংবমক, মখোইগী মপুনা, নুমিৎ অদুদা মুন্না খঙবিগনি মখোইগী মরমদা।

إِنَّ رَبَّهُم بِهِمْ يَوْمَئِذٍ لَّخَبِيرٌ ⑪



سُورَةُ الْقَارِعَةِ مَكِّيَّةٌ (١٠١)

অল-কারিঅহ সূরহ ১০১

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ১২ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ①

২। শাথীবা থৌদোক,

الْقَارِعَةُ ①

৩। শাথীবা থৌদোক হায়বদি করিনো?

مَا الْقَارِعَةُ ②

৪। অদুগা করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু শাথীবা থৌদোক হায়বদি করিনো?

وَمَا أَدْرَاكَ مَا الْقَارِعَةُ ③

৫। (মদু) নুমিৎ অমনি, (মদু ওইবা) মতমদা তাইবঙ মীওইবশিং চপমান্নগনি চাইথোকলবা মৈরাম্বীশিংগা,

يَوْمَ يَكُونُ النَّاسُ كَالْفَرَاشِ الْمَبْثُوثِ ④

৬। অমসুং চীং-মানশিং মানগনি তেরা মফোন (মালংবনা কোয়পাই-পাইহল্লবা)।

وَتَكُونُ الْجِبَالُ كَالْعِهْنِ الْمَنفُوشِ ⑤

৭। মরমদুনা, (অফবগী) পালা লুম্বা মীদু,

فَأَمَّا مَن ثَقُلَتْ مَوَازِينُهُ ⑥

৮। মহাক লৈগনি নুংঙাইবা পুন্সি।

فَهُوَ فِي عِيشَةٍ رَّاضِيَةٍ ⑦

৯। তৌইগুম্বসুং (অফবগী) পালা য়াংবা মীদি,

وَأَمَّا مَنْ خَفَّتْ مَوَازِينُهُ ⑧

১০। "ঙমখে লৈতনা অরুবা" নরকনা ওইবিগনি মহাক্কী অয়োকপা মমা।

فَأُمُّهُ هَاوِيَةٌ ⑨

১১। অদুগা করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু মদু করিনো?

وَمَا أَدْرَاكَ مَا هِيَهْ ⑩

১২। (মদু) ভুং-ভুং চাকপা মৈকোমনি।

نَارٌ حَامِيَةٌ ⑪

## سُوْرَةُ التَّكَاثُرِ مَكِّيَّةٌ

(١٠٢) آياتها ٨ ركوعها ١

সূরহ ১০২ অল- তকাসুর

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৯ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ١

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

اَلْهٰكُمُ التَّكَاثُرُ ٢

২। (লন-থুম অমসুং মচা-মশু) হেনগৎনবা তান্নবদা, হাইদোকহনবিখ্রে নখোইবু (অল্লাহদগী),

حَتّٰى زُرْتُمُ الْمَقَابِرَ ٣

৩। নখোইনা কুমদরিবা ফাওবা অমং য়াইথোং।

كَلَّا سَوْفَ تَعْلَمُوْنَ ٤

৪। মদু নত্তে, নখোই থুনা খঙলগনি (অচুম্বদু),

ثُمَّ كَلَّا سَوْفَ تَعْلَمُوْنَ ٥

৫। অমুকহন্না, মদু নত্তে, নখোই থুনা খঙলগনি (অচুম্বদু),

كَلَّا لَوْ تَعْلَمُوْنَ عِلْمَ الْيَقِيْنِ ٦

৬। মদু নত্তে, নখোইনা করিগুম্বা খঙলমলবদি (তুং- তাবা মহৈ মসিগী) পুমথা-থাজবা জ্ঞান্না,

لَتَرَوُنَّ الْجَحِيْمَ ٧

৭। নখোই শোয়দনমক উরগনি যম লৈবাক (তাইবঙ পুন্সি অসিদা),

ثُمَّ لَتَرَوُنَّهَا عَيْنَ الْيَقِيْنِ ٨

৮। (অং) নখোই শোয়দনমক উরগনি মদু পুমথা-থাজবগী মিৎয়েংনা (আখেরতদা),

ثُمَّ لَتُسْـَٔلُنَّ يَوْمَئِذٍ عَنِ النَّعِيْمِ ٩

৯। অদুগী তুংদা নখোইবু ব্রাহং হংবিগনি, নুমিৎ অদুদা, থৌজালশিং /পীখিবশী মরমদা (তাইবঙ পুন্সি-খোঙফমদা)।

## سُوْرَةُ الْعَصْرِ مَكِّيَّةٌ

অল-অসর সূরহ ১০৩

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৪ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالْعَصْرِ ②

২। কসমনি থুনা চৎখিবা মতমগী,

اِنَّ الْاِنْسَانَ لَفِيْ خُسْرٍ ③

৩। থাঙ্গৈশেংবমক, মীদি ঈরাক্লরে অমাঙবদা,

اِلَّا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ وَتَوَاصَوْا بِالْحَقِّ ۙ وَتَوَاصَوْا بِالصَّبْرِ ④

৪। নত্তনা অচুম্বা থাজরবা অমসুং অফবা থবকশিং তৌবশিংদু, অমসুং অমগা অমগা তকশন্নবা অচুম্বা তৌসি হায়না, অমসুং অমগা অমগা তকশন্নবা অখাঙকনবা ওইসি হায়না।



## سُوْرَةُ الْهُمَزَةِ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ১০৪ অল-হুমজহ

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ১০ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَيْلٌ لِّكُلِّ هُمَزَةٍ لُّمَزَةِ ②

২। অরাবা (ফিবম)নি! মীবু থীনা ঙাঙনবা, তুংদা মীহুনবা খুদিংমক,

اِلَّذِيْ جَمَعَ مَالًا وَّعَدَّدَهٗ ③

৩। মহাকনা খোমজল্লি লন-থুম অমসুং মশিং থিজল্লি মদু,

يَحْسَبُ اَنَّ مَالَهٗٓ اَخْلَدَهٗ ④

৪। মহাকনা খল্লি মহাক্কী মরন-মথুমনা অমর ওইহনবিগনি মহাকপু (চাওখৎপদা অমসুং মিংচত্তা)।

كَلَّا لَيُنْۢبَذَنَّ فِي الْحُطَمَةِ ⑤

৫। মদু নত্তে, মহাকপু শোয়দনমক হুনজনবিগনি মকুপ-মকুপ তানা শুগায়বগী অরাফমদা।

وَمَآ اَدْرٰىكَ مَا الْحُطَمَةُ ⑥

৬। অদুগা করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু মকুপ মকুপ তানা শুগায়বগী অরাফম হায়বদি করিনো?

نَارُ اللّٰهِ الْمُوْقَدَةُ ۝
৭। (মদু) অল্লাহগী মৈরি থোক্লা হৌবা মৈকোন্নি,

الَّتِيْ تَطَّلِعُ عَلَى الْاَفْـِٕدَةِ ۝
৮। মদু পাইখৎলি (চুমথ্রিং) থম্মোই তম্না।

اِنَّهَا عَلَيْهِمْ مُّؤْصَدَةٌ ۝
৯। মদু কোয়য়োম-য়োমশনবিগিনি মখোইগী মথক্তা,

فِيْ عَمَدٍ مُّمَدَّدَةٍ ۝
১০। (হানজনবগুম্না) শাংনা তিংথোকলবা য়ুম্বী মখোঙশিংদা।

## سُوْرَةُ الْفِيْلِ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ১০৫ অল-ফীল

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৬ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝
১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

اَلَمْ تَرَ كَيْفَ فَعَلَ رَبُّكَ بِاَصْحٰبِ الْفِيْلِ ۝
২। নং উখিদব্রা নংগী মপুনা করম্না তৌবিখিবা শামুগী মরূপশিংবু ?

اَلَمْ يَجْعَلْ كَيْدَهُمْ فِيْ تَضْلِيْلٍ ۝
৩। মহাকনা ফৈরেংনহনবিখিদব্রা মখোইগী লৌনম-চাওবা থৌশীন-থৌওং ?

وَّاَرْسَلَ عَلَيْهِمْ طَيْرًا اَبَابِيْلَ ۝
৪। অদুগা মহাকনা থাবিখি মখোইগী মায়োক্তা উচেক শঙ্গু-শঙ্গু।

تَرْمِيْهِمْ بِحِجَارَةٍ مِّنْ سِجِّيْلٍ ۝
৫। (মখোইনা) হুন্থখি নুং মতুম-মতুম মখোইগী মথক্তা,

فَجَعَلَهُمْ كَعَصْفٍ مَّاْكُوْلٍ ۝
৬। অমসুং ওইহনবিখি মখোইবু (ষণ-ঈরোইনা) চাদুনা মচেৎ মচেৎ তাহনখ্রবা চরূ চনাইগুম।

## سُورَةُ الْقُرَيْشِ مَكِّيَّةٌ

(١٠٦) آياتها ٤ ركوعها ١

অল-কুরৈশ সূরহ ১০৬

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৫ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। কুরৈশশিংবু পুকচেল খোইজেন তিন্নহন্নবগী-দমক—

لِاِيْلٰفِ قُرَيْشٍ ②

৩। (পুনশনবগী পুকচেল চেনহন্নবগীদমক) লংফৈ চৎহল্লি মখোইবু নিংথম থা কালেন থা নাইনা;

اٖلٰفِهِمْ رِحْلَةَ الشِّتَآءِ وَالصَّيْفِ ③

৪। মরমদুনা মখোইনা ভক্তি তৌগদবনি (ক'অবহ) য়ুমজাওগী মপুগী,

فَلْيَعْبُدُوْا رَبَّ هٰذَا الْبَيْتِ ④

৫। মহাকনা পিজে মখোইবু মপুক লাম্বা মতমদা অমসুং খুদোংথীবা লৈহন্দে অকি-অখং মতমদা।

الَّذِيْٓ اَطْعَمَهُمْ مِّنْ جُوْعٍ ۙ وَّاٰمَنَهُمْ مِّنْ خَوْفٍ ⑤

## سُورَةُ الْمَاعُوْنِ مَكِّيَّةٌ

(١٠٧) آياتها ٧ ركوعها ١

সূরহ ১০৭ অল-মা'উন

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৮ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। নং উরব্রা মহাকদু—মহাকনা য়াদবা রায়েল বিচার (নুমিৎ)বু ?

اَرَءَيْتَ الَّذِيْ يُكَذِّبُ بِالدِّيْنِ ②

৩। মহাক্তি ইথোকপি পীতৎ-পাতৎপা মচাশিংবু,

فَذٰلِكَ الَّذِيْ يَدُعُّ الْيَتِيْمَ ③

৪। অমসুং পুকনিং থৌগৎপিদে পিজ-পিথকপদা লাইর-চুখবশিংবু।

وَلَا يَحُضُّ عَلٰى طَعَامِ الْمِسْكِيْنِ ④

৫। মরমদুনা অরাবনি! অদুগুম্বা নমাজ তৌবা মীশিংগী,

فَوَيْلٌ لِّلْمُصَلِّيْنَ ⑤

৬। মখোই মপুকনিং চঙদে মখোইগী নমাজদা!

الَّذِيْنَ هُمْ عَنْ صَلَاتِهِمْ سَاهُوْنَ ⑥

৭। মখোইনা পামই (মীশিংবু) উইনবা,

الَّذِيْنَ هُمْ يُرَآءُوْنَ ۝

৮। অমসুং যাদে (পীয়ু হায়বা) যুমলোম্নবগী দরকার ওইবশিং ফাওবা।

وَيَمْنَعُوْنَ الْمَاعُوْنَ ۝



## سُوْرَةُ الْكَوْثَرِ مَكِّيَّةٌ



সূরহ ১০৮ অল-কৌসর

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৪ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝

২। তশেংবমক, ঐখোইনা পীখ্রবনি নংঙোন্দা মরাং কায়না (অফবা),

اِنَّآ اَعْطَيْنٰكَ الْكَوْثَرَ ۝

৩। মরমদুনা খুরুম খাজংও নংগী মপুবু অমসুং কৎলু কুরবানী (বলিদান)।

فَصَلِّ لِرَبِّكَ وَانْحَرْ ۝

৪। তশেংবমক, নংগী য়েক্লবশিংগী চারোন-শুরোন ককখ্রবনি।

اِنَّ شَانِئَكَ هُوَ الْاَبْتَرُ ۝



## سُوْرَةُ الْكٰفِرُوْنَ مَكِّيَّةٌ



অল-কাফিরুন সূরহ ১০৯

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৭ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝

২। হায়য়ু ঃ হে লমফৈ-খোঙফম্নবশিং!

قُلْ يٰاَيُّهَا الْكٰفِرُوْنَ ۝

৩। ঐন। পুজা তৌদে নখোইনা পুজা তৌরিবদু,

لَآ اَعْبُدُ مَا تَعْبُدُوْنَ ۝

৪। নত্রগা নখোইনা পুজা তৌদে ঐনা পুজা তৌরিবদু।

وَلَآ اَنْتُمْ عٰبِدُوْنَ مَآ اَعْبُدُ ۝

৫। অদুগা ঐনা পুজা তৌরোই নখোইনা পুজা তৌরিবদু:

وَلَآ اَنَا عَابِدٌ مَّا عَبَدْتُّمْ ۝

৬। নত্ত্রগা নখোইনা পুজা তৌরোই ঐনা পুজা তৌরিবদু।

وَلَآ اَنْتُمْ عٰبِدُوْنَ مَآ اَعْبُدُ ۝

৭। মরমদি নখোইনা চৎলি নখোইগী ধর্ম্ম অমসুং ঐনা চৎলি ঐগী ধর্ম্ম।

لَكُمْ دِيْنُكُمْ وَلِیَ دِيْنِ ۝



## سُوْرَةُ النَّصْرِ مَدَنِيَّةٌ (١١٠)



সূরহ ১১০ অল-নসর

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৪ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝

২। অল্লাহগী মতেং অমসুং জয় লাকলবা মতমদা,

اِذَا جَآءَ نَصْرُ اللّٰهِ وَالْفَتْحُ ۝

৩। অমসুং নংনা উই মীশিংনা চঙলকপা অল্লাহগী ধর্ম্মদা পুল্লপ-পুল্লপ,

وَرَاَيْتَ النَّاسَ يَدْخُلُوْنَ فِيْ دِيْنِ اللّٰهِ اَفْوَاجًا ۝

৪। মরমদুনা ঈকাইখুম্ননা লাইশোল শোল্লু নংগী মপুবু থাগত্তুনা, অমসুং হঙ্গৎচৌ মহাকনা ঙাকপিনবা। তশেংবমক মহাক্তি হন্না হন্না চানবিহৈবনি।

فَسَبِّحْ بِحَمْدِ رَبِّكَ وَاسْتَغْفِرْهُ ؕ اِنَّهٗ كَانَ تَوَّابًا ۝

## سُورَةُ اللَّهَبِ مَكِّيَّةٌ (١١١)

সূরহ ১১১ অল-লহব

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৬ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। তেকলসনু মখুৎ অনিমক অবী লহবকী অমসুং শিরসনু মহাক!

تَبَّتْ يَدَآ اَبِىْ لَهَبٍ وَّتَبَّ ②

৩। মহাক্কী মরন-মথুম অমসুং মহাকনা কমায়বনা কান্নবা করিসু পীররোই মহাকপু।

مَآ اَغْنٰى عَنْهُ مَالُهٗ وَمَا كَسَبَ ③

৪। থুনা মহাকপু থাদোকপিরগনি মৈরি থোক্লা চাকপা মৈদা;

سَيَصْلٰى نَارًا ذَاتَ لَهَبٍ ④

৫। অমসুং মহাক্কী নুপী শীং কোকথোং পুবী,



৬। মগুকশম অকোয়বদা থাংগনি থৌরী খজুর মশিংনা তাশন্দুনা শেম্বা।

فِىْ جِيْدِهَا حَبْلٌ مِّنْ مَّسَدٍ ⑥

## سُورَةُ الْاِخْلَاصِ مَكِّيَّةٌ (١١٢)

অল-ইখলাস সূরহ ১১২

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৫ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। হায়য়ু ঃ মহাক অল্লাহনি, একা মথন্তনি;

قُلْ هُوَ اللّٰهُ اَحَدٌ ②

৩। অল্লাহদি মনীং তম্বনি অমসুং হায়জফমনি পুম্নমক্কী।

اَللّٰهُ الصَّمَدُ ③

৪। মহাকনা পোক্তে কনামতা নত্ত্রগা মহাকপু পোক্তে কনানসু;

لَمْ يَلِدْ ۙ وَلَمْ يُوْلَدْ ④

৫। অমসুং মহাক্কা মান্নবা কনাসু লৈতে।

وَلَمْ يَكُنْ لَّهٗ كُفُوًا اَحَدٌ ⑤

## سُوْرَةُ الْفَلَقِ مَدَنِيَّةٌ (١١٣)

অল-ফলক সূরহ ১১৩

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৬ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

قُلْ اَعُوْذُ بِرَبِّ الْفَلَقِ ②

২। হায়য়ু ঃ ঐনা হঙ্গৎচরি ঙাকপিনবা নোংঙাল্লকপগী মপুদা,

مِنْ شَرِّ مَا خَلَقَ ③

৩। ফত্তবা (পুম্নমক্ত)গী মহাকনা শেমবিখিবা,

وَمِنْ شَرِّ غَاسِقٍ اِذَا وَقَبَ ④

৪। অমসুং ফত্তবা (পুম্নমক্ত)গী অহিংগী মদুনা ইকুপ-কুপশল্লকপদা,

وَمِنْ شَرِّ النَّفّٰثٰتِ فِى الْعُقَدِ ⑤

৫। অমসুং ফত্তবা (পুম্নমক)দগী কিশি কিরগা ফু কাম্বীশিংগী,

وَمِنْ شَرِّ حَاسِدٍ اِذَا حَسَدَ ⑥

৬। অমসুং ফত্তবা (পুম্নমক)দগী কল্লক-খম্বলবগী মহাকনা কল্লক-খম্বল্লকপা মতমদা।

## سُوْرَةُ النَّاسِ مَدَنِيَّةٌ (١١٤)

সূরহ ১১৪ অল-নাস

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৭ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

قُلْ اَعُوْذُ بِرَبِّ النَّاسِ ②

২। হায়য়ু ঃ ঐনা হঙ্গৎচরি ঙাকপিনবা মপুদা মীওইবা জাতিগী,

مَلِكِ النَّاسِ ③

৩। নিংথৌদা মীওইবা জাতিগী,

اِلٰهِ النَّاسِ ④

৪। চীঙু লাইদা মীওইবা জাতিগী,

مِنْ شَرِّ الْوَسْوَاسِ ۙ الْخَنَّاسِ ⑤

৫। ফত্তবদগী পুকচেন পিকপা মুরুম-মুরুম শোলবা মীগী,

الَّذِىْ يُوَسْوِسُ فِىْ صُدُوْرِ النَّاسِ ⑥

৬। মহাকনা মুরুম-মুরুম শোনজল্লি (পুকথিল-পাওথিল ব্রা) মীশিংগী মথম্মোইনুংশিংদা,

مِنَ الْجِنَّةِ وَالنَّاسِ ⑦

৭। (মহাকদু ওইসনু) জিনশিংদগী নত্তগা মীশিংদগী।

খঙগদবা ঃ অহানবা অক্ষ মশিংদু মরী লৈনবা সূরহ উৎপনি অমসুং কোলোন মখাগী মশিংনা আয়াত নম্বর তাকপনি।



(১) অল্লাহগী কোকপিবা



(২) অল্লাহগী ঙাকপিবা

(৩) অল্লাহগী থৌজালশিং



(৪) অল্লাহগী নুংশিবা



(৫) অল্লাহবু নীংশিঙবদা



(৬) অল্লাহদি পুংখঙ-খঙবনি



(৭) অল্লাহদি পুংঙম-ঙম্বনি



(৮) অল্লাহনা ফোংদোকপি

— মশামক মতেংনা পাও পুবশিংগী
জাতি খুদিংদা ১০ ঃ ৪৮ ; ১৩ ঃ ৮ ; ১৬ ঃ ৩৭ ; ৩৫ ঃ ২৫

— লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদসু
অচুম্বা মঙ ১২ ঃ ৩৭, ৪৪

— লাইতাক মহাক্কী মনাইশিংদা ৪ ঃ ১৬৪-১৬৬

— লাইতাক হয়িংখোইদা ১৬ ঃ ৬৯-৭০

(৯) অল্লাহগী মতিক মঙাল থাগৎপা

— অচুম্বা থাজবশিংবু য়াথংনবিরি থাগৎলু হায়না মহাকপু ৩৩ ঃ ৪২, ৪৩

— উচেকশিং (-ধর্ম্ম চেনবা মীশিং)না অমসুং চীংজাওশিং (লুচিংবশিং)না থাগৎচৈ মহাকপু ৩৮ ঃ ১৯, ২০

— উচেকশিং অমসুং চীংজাওশিংনা
লোয়ননা দাউদকা থাগৎলি মহাকপু ২১ ঃ ৮০ ; ৩৪ ঃ ১১

— থাগৎলু মহাকপু তুম্বদগী হৌগৎলকপদা
অমসুং অহিংগী শরুক অমদা অমসুং
থরানমিচাক তাখিবদা ৫২ ঃ ৪৯, ৫০

— থাগৎলু মহাকপু অহিংদা মতম শাংনা ৭৬ ঃ ২৭

— নোং খোংবা অমসুং খাকপনা
থাগৎচৈ মহাকপু ১৩ ঃ ১৪

— পোৎ খুদিংমকনা থাগৎলি অল্লাহবু ১৭ ঃ ৪৫ ; ২৪ ঃ ৪২ ; ৫৯ ঃ ২ ;
৬২ ঃ ২

— ফরিশতহশিংনা থাগৎচৈ অমসুং
শক-শোল্লি মহাক্কী অশেংবা ২ ঃ ৩১ ; ৪০ ঃ ৮

(১০) অল্লাহগা মরূপনবা

— অচুম্বা থাজবশিংগী মরূপনি অল্লাহদি ২ ঃ ২৫৮ ; ৩ ঃ ৬৯

— অল্লাহনা ওকলে মরূপ অমা ওইনা ৪ ঃ ৪৬

— মহাক্তি ঙাক-শেনবিবা মরূপনি ৪২ ঃ ১০

— মহাক্তি মরূপনি ধর্ম্ম লৈবশিংগী ৪৫ ঃ ২০

(১১) অল্লাহগী মশরুক য়ামিন্নবশিং পুথোকপা (শির্ক ভৌবা)

— অল্লাহবু অতোপ্পগা শম্নহনবগীদমক
হিসাব লৌবিগনি ২৩ ঃ ১১৮

— অল্লাহ নত্তবা কনামতদা ভক্তি
কৎপা থিংলি ২ ঃ ৮৪ ; ৪ ঃ ৩৭ ; ১৭ ঃ ২৪ ; ৪১ ঃ ১৫

— অরানবা লাইশিংনা করিসু শেম-শাদে,
মখোইবুদুম শেম্বিখিবনি ১৬ ঃ ২১ .

— অরানবা লাইশিংবু, চপ্পুনা রা হংবিগনি ২১ ঃ ২৪

— অরানবা লাইশিং শিশ্রে ১৬ ঃ ২২

— নুংঙাইবা পুম্নমক অল্লাহতনা‌গী ১৬ ঃ ৫৪

— মরাল কোকপিরোই ৪ ঃ ৪৯ ; ৪ ঃ ১১৭

— মসি কান্নদবা থবকনি ২২ ঃ ৩২

— মসিনা কাং-খোং চাইহল্লমগনি
অমসুং মফম-মরাং খঙহল্লম্মোই ২১ ঃ ২৩ ; ২৩ ঃ ৯২

— মসি শাথীনা লাল্লি ৩১ ঃ ১৪

— মীশিংবু লান্না লমজিংবনি ৩৯ ঃ ৪

— মীশিংনা লৌই অতোপ্পা লাইশিংবু
মখোইগী ইজ্জৎ অমসুং পাঙ্গল ওইনবগী ১৯ ঃ ৮২

— লাইশিং লৈবদা মতিক চাদবা ১৩ ঃ ৩৩, ৩৪ ; ১৬ ঃ ৫৩-৫৫ ;
১৭ ঃ ৪৩, ৪৪

(১২) অল্লাহদি লৈশেম-নুংশেম্বনি

— অশেম্বা মপুনি পোৎপুম্নমক্কী ১৩ ঃ ১৭ ; ২৫ ঃ ৩ ; ৪০ ঃ ৬৩

— মহাক্কী মচানিপা অনি (কাবিল, হাবিল) ৫ : ২৮
— মহাকনা ফংখি মহাক্কী মপুদগী প্রার্থনাগী রাহৈ খরা ২ : ৩৮
— মখোইনা চাখি উপাম্বীদুগী মহৈ ৭ : ২৩ ; ২০ : ১২২
— মখোই মশা ঈকোক - কোকখি ৭ : ২৩ ; ২০ : ১২২
— মখোই মশা কুপশনখি উনাশিং হেক্রুনা ৭ : ২৩ ; ২০ : ১২২
— মখোইগী মরালগী নুংনাংবা ফোংদোকচখি ৭ : ২৪
—মখোইগী মপুনা চানবিখি ২ : ৩৮ ; ২০ : ১২৩
— শেমখি মহাকপু লৈখোমদগী ৭ : ১৩


আজর






ইবলিস



ইব্রাহীম

<u>ইসলাম</u>

<u>ইসহাক</u>

ঈ



উচেকশিং





ঐয়যুব





ক'অবহ

কবি



কারূন



কিতাব (ধর্ম্ম শাস্ত্র)

## কিতাব ফংখিবা মীশিং (অহল-ই-কিতাব)

— মখোই য়হুদীশিংনি অমসুং খৃষ্টিয়ানশিংনি ৪ ঃ ১৫৩, ১৭২
— ফগৎহনবা ঙাখি়দে নবী করীম
লেংলক্তরিদে মমাংদা ৪২ ১৫ ; ৪৫ ঃ ১৮ ; ৯৮ ঃ ২-৫
— বারত্রেন তৌখি মখোইবু একেশ্বরবাদ য়াও হায়না ৩ ঃ ৬৫
— মখোইনা য়াখিদে তৌরাত অমসুং কুরআন ২ ঃ ৯২
— মখোই থাজদুনা লৈগনি ঈসা ক্রোসদা শিখ্রে হায়না ৪ ঃ ১৬০

## কিতাব (মীগী থবকশিং চেজন্দুনা থম্বা)

অল্লাহনা ঙাক্তুনা থম্মি ৫০ ঃ ৫
------- য়েকশন্দুনা থম্মি. মীনা কাওথ্রবসু ৫৮ ঃ ৭
পাপীশিংগী থমলি সিজ্জীন্দা ৮৩ ঃ ৮-১০
ধর্ম্ম কায়দবশিংগী থমলি ইল্লিয়ীন্দা ৮৩ ঃ ১৯-২১
ফরিশতহশিংনা ইশল্লি ৪৩ ঃ ৮১ ; ৫০ ঃ ১৮, ১৯ ৮২ ঃ ১১-১৩
মী খুদিংমক্তা পীগনি মাগী মাগী কিতাব ৪৫ ঃ ২৯ ৩০
— তুংরোমদা নত্ত্রগা ওইগী খুত্তা
পীগনি পাপীশিংগী ৬৯ ঃ ২৬ ; ৮৪ ঃ ১১
— য়েৎকী খুত্তা পীগনি ধর্ম্ম লৈবশিংগী ১৭ ঃ ৭২ ; ৬৯ ঃ ২০ ; ৮৪ ঃ ৮
প্রমাণ পত্র থবকশিংগী থেনবিগনি মমাংদা ১৭ ঃ ১৪, ১৫ ; ১৮ ঃ ৫০ ; ২৩ ঃ ৬৩ ; ৪৫ ঃ ২৯, ৩০

## কিতাবশিং

কোয়না চায়থোক্কনি হায়খিবা রা ৮১ ঃ ১১

## কিয়ামত (মহা প্রলয়)নুমিৎ

ইখঙ- খঙহৌদনা লাক্কনি ৬ ঃ ৩২ ; ৭ ঃ ১৮৮ ; ১২ ঃ ১০৮ ; ১৬ ঃ ৭৮ ; ২২ ঃ ৫৬ ; ৩৬ ঃ ৪৯-৫১ ; ৪৩ ঃ ৬৭ ; ৪৭ ঃ ১৯ ; ৫৪ ঃ ৫১ ; ৭৯ ঃ ৪৭
কি-থুক্কৎপা ফিবম ১৪ ঃ ৪৩-৪৪ ; ২০ ঃ ১০৩ ; ২১ ঃ ৯৮ ; ২২ ঃ ২-৩ ; ২৭ ঃ ৮৮, ৮৯ ; ৭৩ ঃ ১৮ ; ১০১ ঃ ২-৫
চিংননঙাই ওইদ্রবনি ৪ ঃ ৮৮ ; ৪০ ঃ ৬০
চীংজাওশিং মচেৎ মচেৎ থুগায়গনি ১৮ ঃ ৪৮ ; ২০ ঃ ১০৬-১০৮ ; ২৭ ঃ ৮৯ ; ৫২ ঃ ১১ ; ৫৬ ঃ ৬-৭ ; ৬৯ ঃ ১৫ ; ৭০ ঃ ১০ ; ৭৩ ঃ ১৫ ; ৭৭ ঃ ১১ ; ৭৮ ঃ ২১ ; ৮১ ঃ ৪ ; ১০১ ঃ ৬
জীব পুম্নমক রাংথগনি ৩৯ ঃ৬৯
পুংজাদু লাক্কনি ১৫ ঃ ৮৬ ; ২০ ঃ ১৬ ; ২২ ঃ ৮ ; ৪০ ঃ ৬০ ; ৪৫ ঃ ৩৩
পেরে শিঙ্গা খোঙগনি ৬ ঃ ৭৪ ; ১৮ ঃ ১০০ ; ২০ ঃ ১০৩ ; ২৩ ঃ ১০২ ; ২৭ ঃ ৮৮ ; ৩৬ ঃ ৫২ ; ৩৯ ঃ ৬৯ ; ৫০ ঃ ২১ ; ৬৯ ঃ ১৪ ; ৭৮ ঃ ১৯ ; ৭৯ ঃ ১৪ ; ৮০ ঃ৩৪
পোৎ পুম্নমক মাঙ-তাক্কনি ২৮ ঃ ৮৯ ; ৫৫ ঃ ২৭
পৃথিবী চেংকখায়গনি ৫০ ঃ ৪৫ ; ৫৬ ঃ ৫ ; ৬৯ ঃ ১৫ ; ৮৯ ঃ ২২ ; ৯৯ ঃ ২
...... গী গর্ভনুংদা লৈবশিং লংখৎলক্কনি ৮৪ ঃ ৫ ; ৯৯ ঃ ২-৩
মী খুদিংগী লৈ লোয়নবা মতম ৩ ঃ ১৪৬ ; ৭ ঃ ৩৫ ; ১০ ঃ ৫০ ; ১৫ ঃ ৬ ; ১৬ ঃ ৬২ ; ৩৫ ঃ ৪৬
— মতম য়ৈথোকপা লৈরোই ১৪ ঃ ৪৫
স্বর্গ মচেৎ থোক্লা কায়গনি ১৪ ঃ ৪৯ ; ৫৫ ঃ ৩৮ ; ৬৯ ঃ ১৭ ; ৭৩ ঃ ১৯ ; ৭৭ ঃ ১০ ; ৭৮ ঃ ২০ ; ৮১ ঃ ১২ ; ৮২ ঃ ২ ; ৮৪ ঃ ১

## কুরআন

— অফবা তম্বিবশিং পুল্লপ পুনশল্লবনি ২৯ ঃ ৫০



খতম-ই-নুবুৱত



খিলাফত



খৃষ্ট ধর্ম্ম



খৃষ্টিয়ানশিং



গনীমত (লান্দা মুনহৌবা পোৎশিং)



গার্ডিয়ান (ঙাকপি-শেনবিরিবা)



গোভর্নমেন্ট



গোমোররহ (অমসুং সোডোম—লুতকী শহরশিং)



ঙা





চিঙ্গাক



চিঙ্গাকশিং থিংলবা



জন্নত (স্বর্গ)





জন্নত (শুগায়না তাকপা)

## জন্নত (কী অথোইবা শক্তম)



## জন্নত (দা চঙগদবা মীশিং)



## জহন্নম (নরক)

## জাতিশিং

তালুত



তুবব'অ



তৌবহ (পাপ হায়দোকচবা)



তৌরাত






থবকশিং (ইশিনবা কিতাব)

## থবকশিং, অফবা

## থবকশিং, ফত্তবা



## থাজদবা (কুফর)

------ মথম্মোইশিং খনজিনবিখ্রে পর্দা অমনা থৱাই
৬ ঃ ২৬ ; ১৭ ঃ ৪৭ ; ১৮ ঃ ৫৮
মীনম্বা ৱা ঙাঙ-শকই অল্লাহগী মায়োক্তা ৫ ঃ ১০৪
মীনম্বনি, মশাগী থৱাইগী মায়োক্তা ৬ ঃ ২৪, ২৫
মরন-মথুম, খরচ তৌই থিংনবগী মীশিংবু
অল্লাহগী লম্বীদগী ৮ ঃ ৩৭

থম্মোই

অঙাংবা শরুকনৈ অল্লাহবু নীংশিঙবদা ১৩ ঃ ২৯
অনি শেমখিদে, মী অমগী লকানুংদা ৩৩ ঃ ৫
অথোই-নাপলনবা অমসুং লমকেৎ-
লমহাইবগী, মোহর নম্নশিনবি ৪০ ঃ ৩৬
কনশিনখ্রে ইস্রাঈলশিংগী, নুং নত্রগা য়োৎশুম
২ ঃ ৭৫ ; ১৭ ঃ ৫১, ৫২
কাখৎলক্কনি খৌরি য়ৌনা অৱাবনা ফুনগত্তুনা
৪০ ঃ ১৯
চুম নম্বিখ্রে, ইস্রাঈলশিংগী ৪ ঃ ১৫৬ ; ৪০ ঃ ৩৬
-------------, মতাং হৈবশিংগী ৯ ঃ ৮৭, ৯৩;
৬৩ ঃ ৪
তাংবনি, মমিৎশিংদি তাংদে ২২ ঃ ৪৭
থমফমনি, অল্লাহগী ৱাহৈশিংগী, দাবি
তৌখি ইস্রাঈলশিংনা ২ ঃ ৮৯ ; ৪ ঃ ১৫৬
খৈদোকপিখ্রে কুর আন্দগী ৯ ঃ ১২৭
পর্দা খনবিখ্রে, মখোইনা ধ্যান তৌদবগী কুরআন্দা
৪৭ ঃ ২৫
মতাং হৈবশিংগী, অনাবা লৈ ২ ঃ ১১; ৫ ঃ ৫৩;
২৪ ঃ ৫১ ; ৩৩ ঃ ১৩ ; ৪৭ ঃ ২১, ৩০ ; ৭৪ ঃ ৩২
লমচৎ নাইদবশিংগী, অনাবা লৈ ৩৩ ঃ ৩৩, ৬১
লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগী, অনাবা লৈ ৮ ঃ ৫০;
৯ ঃ ১২৫ ; ২২ ঃ ৫৪ ; ২৪ ঃ ৫১
-----------,কনশিনখ্রে ২২ ঃ ৫৪ ; ৩৯ ঃ ২৩
---------,খঙদে অচুম্বদু ৭ ঃ ১৮০; ৯ ঃ ৮৭;
২২ ঃ ৪৭ ; ৬৩ ঃ ৪

কনাগুম্বনা অফবা তৌরগা মশাগী অফবনি,
কনাগুম্বনা ফত্তবা তৌরগা মশাগী অমাঙবনি
১৭ ঃ ৮ ; ৪১ ঃ ৪৭ ; ৪৫ ঃ ১৬
কনামতদা নম্বো থোনগৎপিদে মানা পুবা ভম্বদগী
হেন্না ২ ঃ ২৩৪, ২৮৭; ৬ ঃ ১৫৩; ৭ ঃ ৪৩;
২৩ ঃ ৬৩ ; ৬৫ ঃ ৮
কনামতনা পুরোই অতোপ্পগী নম্বো ৬ ঃ ১৬৫ ;
১৭ ঃ ১৬ ; ৩৫ ঃ ১৯ ; ৩৯ ঃ ৮ ; ৫৩ ঃ ৩৯
— খুদিং, তংগনি অশিবগী মহাউ ৩ ঃ ১৮৬ ;
২১ ঃ ৩৬ ; ২৯ ঃ ৫৮
----------,থেংনগনি মানা মানা তৌখিবা
অফবা অমসুং ফত্তবা ৩ ঃ ৩১; ১৮ ঃ ৫০;
৯৯ ঃ ৮, ৯
---------দা, পীবিগনি মহৈ পুরা-পুরা মাগী
তৌজমল মতিক ২ ঃ ২৮২; ১৪ ঃ ৫২;
১৬ ঃ ১১১ ; ৩৯ ঃ ৭১ ; ৪০ ঃ ১৮ ; ৪৫ ঃ ২৩
--------না, পুগনি মশাগী পোৎলুম ৬ ঃ ৩২;
২৯ ঃ ১৩, ১৪
মী খুদিংগী থবক ফাজিন্দুনা থম্মি মঙক-মঙক্তা
১৭ ঃ ১৪ ; ৩৫ ঃ ১৮
লমফৈ-খোঙফম্নবশিং পুগনি পোৎলুম পোৎমা
১৬ ঃ ২৬ ; ২৯ ঃ ১৪
লমজিংদা ব্যরতোন তৌরবসু, মখোইনা য়ারোই
৭ ঃ ১৯৪
লীকশিল্লি, মখোইনা য়াইফরকলবা মতমদা
৯ ঃ ৭৫, ৭৬
লেপখিবা নুমিত্তা, মখোইগী হায়জ-চৎচবা করিসু
কান্নরোই নত্তগা মখোইবু য়াবিরোই মরমচৎ
চুমথোকপা ১৬ ঃ ৮৫ ; ৩০ ঃ ৫৮
শরৌ শীনখি মুহম্মদকী মায়োক্তা ১২ ঃ ১০৩
---------- তোইগুম্বসুং অরেম্বদা তাহনবিখি
৮ ঃ ৩১ ; ১৬ ঃ ৪৬, ৪৭ ; ৪৩ ঃ ৮০ ; ৫২ ঃ ৪৩
শিবশিং থাজদবা ওইনা, অল্লাহনা কোকপিরোই

ধর্ম্মচেনবা (তকরা)



ধর্ম্ম সাধন (ইবাদত)



(১) সলাত (নমাজ)



(২) রোজহ (চরা হেনবা)

## নুপী

### (১) চাওরাকপা রা



### (২) লুহোংবা ঃ মরা অমসুং মতু

(৩) মুহর আনা (মঙ্গৎ)



(৪) সঙ্গ তৌবা (পাদোংনবা)



(৫) তলাক (নুপী খায়নবা)

লূনা চান্না তৌগদবনি খায়নবা মতমদা ২ঃ২৩০, ২৩২, ২৪২; ৩৩ঃ৫০; ৬৫ঃ৩
লৈফম পীয়ু খায়নরবা নুপীদা, ইদ্দতকী চৈনুংদা ৬৫ঃ৭
---------- চান-থক্লবা খরচ মতিকচানা পীয়ু ২ঃ২৩৭, ২৪২
---------- মীরোনবী ওইরবদি খরচ পীয়ু মাগী পোৎলুম থাদরিবা ফাওবা ৬৫ঃ৭

(৬) ইদ্দত (ঙাইবগী মতম মমাংদা অমুকহন্না লুহোংবগী)

— ঋতু বন্দ তৌখ্রবীনা থাবুম অহুম ৬৫ঃ৫
— ঋতু লাক্তরিবগী সু ------------ ৬৫ঃ৫
— চঙনা কায়নবা নুপী ----------- ২ঃ২২৯; ৬৫ঃ৫
— গর্ভ পুবীনা মাগী পোৎলুম থাদরিবা ফাওবা ৬৫ঃ৫, ৭
— মশা শোক্তরিঙৈদা খায়নরবদি ইদ্দত দরকার ওইদে ৩৩ঃ৫০
— মপুরোইবনা মিৎয়েং তাবিদ্রবা মতু থাবুম মরি ঙাইদুর্গলেগনি ২ঃ২২৭
— শিন্না কায়নবদা, লুখ্রাবীনা ইদ্দত ফমগনি থাবুম মরি নুমিৎ:রা ২ঃ২৩৫

(৭) খোম পিথকপগী মতম

খোম পিথকপী মমাশিং—
খায়নরবা ফাওবদা খোম
পিথক্কবনি মচাশিংবু ২ঃ২৩৪
খোম পিথকপা য়াই চহি অনি ২ঃ২৩৪
মমাগী খরচ মপানা পুগনি ২ঃ২৩৪; ৬৫ঃ৭, ৮
মমাগা য়ানরবদি, খোম ইনবী অমা
থম্বা য়াই—খরচ মপানা পুগনি ২ঃ২৩৪; ৬৫ঃ৮

(৮) নুপীদা চঙলোই হায়না রাশকপা (ইল্লা)

থাবুম মরি নুপীনা ঙাইদুনা লৈগনি —
মদুগী মতুংদা মখোই তাইশিন্নবা নত্তগা কায়নবা য়াই ২ঃ২২৭, ২২৮

নূহ

অল্লাহগী ধর্ম্ম লৈবা মনাই অমনি ২১ঃ৭৬; ৩৭ঃ৮২
অল্লাহগী রসুলনি ৭ঃ৬২; ১১ঃ২৬
অল্লাহনা লমজিংবিখি ৬ঃ৮৫
— গী ইতিহাস ৭ঃ৬০-৬৫; ১০ঃ৭২-৭৪; ১১ঃ২৬ঃ৪৯; ২৩ঃ২৪-৩০; ২৬ঃ১০৬-১২৩; ৩৭ঃ৭৬-৮৩; ৫৪ঃ১০-১৭; ৭১ঃ২-২৯
------------, চেকশনহন্নবগী পাওমেন্নি মুহম্মদকী মায়োক্লবশিংদা ১১ঃ৩৬; ১৪ঃ১০; ২৩ঃ৩১; ২৬ঃ১২২; ২৯ঃ১৬; ৫৪ঃ১৬; ৬৯ঃ১২, ১৩; ৭১ঃ২৫, ২৬
ইস্রাঈলশিং মচা-মশুশিংনি হীজাওদা
নূহগা লোয়ননা পুবিখিবা মখোইদুগী ১৭ঃ৪
— বু খনবিখি অল্লাহনা মহাক্কী
মতমগী মীশিংগী মথক থোংনা ৩ঃ৩৪
— দা তাকপিখি হীজাও অমা শানবা ১১ঃ৩৮; ২৩ঃ২৮
— বু থাজখিদে মহাক্কী মীশিংনা ১৪ঃ১০; ২৬ঃ১১৮
— বু থাবিখি মহাক্কী মীশিংদা ৭ঃ৬০; ২৩ঃ২৪; ২৯ঃ১৫; ৭১ঃ২
— না নীজখি অল্লাহদা তেংবাংবিনবা মহাকপু ২৩ঃ২৭; ২৬ঃ১১৮, ১১৯; ৫৪ঃ১১
— গী নুপীদু অল্লাহনা কনবিখিদে ৬৬ঃ১১
— গী মীশিং ওইখি চুমদবা অমসুং লানহৌবা ৫৩ঃ৫৩

— গী — না ব্যবহার নাইখিদে অমসুং হায়খি মহাক অঙাওবনি অমসুং মখোইনা লৌবি-তাবিদবনি ৫৪ : ১১
— অমসুং মহাক্কী মতুং ইনবশিংবু পুবিখি হীজাওদা ১৭ : ৪ ; ৬৯ : ১২
----------, কনবিখি অচৌবা খুদোং থীবদগী ৭ : ৬৫ ; ২১ : ৭৭ ; ২৬ : ১২০ ; ৩৭ : ৭৭
— গী হায়বা ইন্দবা মীশিংবু ঈরাকশিন হনবিখি সমুদ্র ঈপাক্তা ২১ : ৭৮ ; ২৫ : ৩৮ ; ২৬ : ১২১২ ; ৩৭ : ৮৩ ; ৭১ : ২৬ ; ২৯ : ১৫
— গী মচা নিপা অমা য়াখিদে
হীজাওদা তোংখৎলু হায়বা ১১ : ৪৩, ৪৪
----------মহাক য়াওখ্রে মরক্তা ঈরাক্লুখিবাশিংগী ১১ : ৪৪
ৱারিসে খুদম অমনি মীওইবা জাতিশিংগীদমক ২৯ : ১৬ ; ৫৪ : ১৬ ; ৬৯ : ১৩
হীজাওদা হাপকৎখি মহাকনা দরকার
ওইবা পোৎশিং জোরা জোরা ১১ : ৪১ ; ২৩ : ২৮
------- তোংখৎপদা লাইশোল ২৩ : ২৯
------- তোংলিঙৈগী চৈনুংদা — ১১ : ৪২
-------- দগী কুমথবা মতমদা — ২৩ : ৩০

নোং

অল্লাহনা মংহল্লি ১৩ : ১৩
জম জম তাহল্লি অমসুং থাদে লেন ২৪ : ৪৪
তাহল্লি নোংদোনথক্তগী অরেপ্পা চাংদা
অমসুং তুংহল্লি মদু লৈবাক্তা অমসুং মদুগী মতেংনা থোকহল্লি হৈকোনশিং ২৩ : ১৯, ২০
---------অমসুং থোকহল্লি ঈশিং খোংশিং ১৩ : ১৮
----------অমসুং হৌহল্লি হৈকোনশিং অমসুং পাম্বী মখল খুদিং ২ : ২৩ ; ২৭ : ৬১ ; ৩১ : ১১ ; ৫০ : ৮

থাদবি কোরৌ নোংমদোন্দগী অমসুং মদুগী মতেংনা হিংগৎহল্লি শিরমলবা পৃথিবী ২ : ১৬৫ ; ১৬ : ৬৬ ; ৩৫ : ১০ ; ৪৫ : ৬



পান্দমশিং

অফবা উপাম্বী ১৪ : ২৫, ২৬
ইফন্দা ফনবা ইনাক খুনবা অমসুং অতোনবা লাইরবা ১৮ : ৩৩-৪৫
ঈশিং ঈচেলনা থোকহল্লি কামখৎলবা কোঙ্গোল ১৩ : ১৮
কনাগুম্বা অমনা মৈ হৌবদা, অকোয়বদা
লৈবা লোয়নমক ইঙাল-ঙাল্লি — মদু
লৌথোকখিবদা মখোই করিসু উখিদ্রে ২ : ১৮
কনাগুম্বনা থৈজিল্লবদি শরুক য়ামিন্নবা
অমা অল্লাহদা ২২ : ৩২
কান্নদবা তাইবঙ পুন্সি ১৮ : ৪৬
খুদোংথীবা লৈরমদবা অমসুং ঈংনা চিক্লা
পাল্লম্বা শহর অদুনা য়াখিদবা অল্লাহগী থৌজালশিং ১৬ : ১১৩
গতি লৈতবা মতৌ মখোইনা কৌজরিবা
অল্লাহ নত্তবা লাইশিংগী২২ঃ ৭৪
গাধানা কিতাব নম্বো পুবা ৬২ : ৬
চেকলা উচেকশিং পাইরক্কনি কৌবদা ২ : ২৬১
নোং ঈশিং অমসুং যুগনি নোংথাং ২ : ২০, ২১
ফত্তবা উপাম্বী ১৪ : ২৭
মঙাল আসমান অমসুং পৃথিবীগী ২৪ : ৩৬
মপু অমসুং মনাই পুন্না মপু ওইমিন্নবা য়াদে ৩০ :২৯
মপু ময়াম লৈবা মীনাই ৩৯ : ৩০
মরূ হুনবা চীংলুকোক অমদা ২ : ২৬৫
মহৈ-মরোং মরূ অমনা মকা
তরেৎ লোংবা পাম্বী হৌই ২ : ২৬২
মায়া মরিচিকাগুম্বা মরুভূমিদা ২৪ : ৪০
মিনা মহুম পোঞ্জেন শাবা ২৯ : ৪২

## পাপ






## ফত্তবা

## ফিরঔন



## ফুরকান (চাং য়েংনবা খুদম)



## ফেমিলি প্লান্নিং (বার্থ কন্ট্রোল)



## ফরিশতহ




বদর (গী লান)



বনী অমীন



বেদুইন

বৈত

— তৌখিবদু নবীদা, তৌখিবনি অল্লাহদা ৪৮ ঃ ১১
নবীনা লৌখি — মহাক্কী কোমরেডশিংগী
উপান্বী অমগী মখাদা হুদাইবিয়হদা ৪৮ ঃ ১৯
নবীবু য়াথংনবিখি — য়াও হায়না
ঈমান্দারী নুপীশিংগী ৬০ ঃ ১৩

বৈতুল হরম (য়েংঙু ক'অবহদা)



মক্কহ
অকি-অথং কোকলবা লৈবাকনি ২ ঃ ১২৬;
৩ ঃ ৯৮; ২৯ ঃ ৬৮
অশেংবা লৈবাকনি ২৭ ঃ ৯২; ২৮ ঃ ৫৮
অশোয়-অঙাম লৈতবা শহরনি ৯৫ ঃ ৪
ইব্রহীমগী দুআ ঃ
অঙৈংবা মফম ওইহনবিনবা লম অসি ২ ঃ ১২৭;
১৪ ঃ ৩৬
চিঙ্গাক পীবিনবা মসিদা লৈবা
মীশিংদা ২ ঃ ১২৭; ১৪ ঃ ৩৮
ধর্ম্মগী কেন্দ্র ওইহনবিনবা মফম অসি ১৪ ঃ ৩৮
উহৈ-রাহৈ থোক্তবনি ১৪ ঃ ৩৮;
২ ঃ ১২৭
চাক তাংবনা তিং শোকহনবিগনি ১৬ ঃ ১১৩;
৪৪ ঃ ১১; ৬৭ ঃ ২২
জয় তৌগনি মুসলিমশিংনা.
হান্নন তাকপিখ্রে ১৪ ঃ ১৫; ১৭ ঃ ৭৭, ৮২;
২৮ ঃ ৮৬; ৯০ ঃ ৩
থুগায়ঙমদ্রবা লমনি ২ ঃ ১৯২, ১৯৫
পল্লেম পী ওইবিনি শহরশিংগী ৬ ঃ ৯৩; ৪২ ঃ ৮
মূর্তি ঈরাৎপা তাল্লথোকপিখি
মসিদগী ৯ ঃ ১৭; ১৭ ঃ ৮২; ২২ ঃ ৫০
মুহম্মদপু তান্হোকপিখি ৪৭ ঃ ১৪
লমজিং ফংফমনি জাতি পুম্নমক্কী ৩ ঃ ১১৩
লল্লোন ঈতিক্কী ময়োন্নি ৯ ঃ ২৮; ১৬ ঃ ১১৩;
২৮ ঃ ৫৮
য়াইফখোল লৈবনি মতমপুম্বদা ৩ ঃ ৯৭

মডয়ন

উমংগী মীশিংনি ১৫ ঃ ৭৯; ২৬ ঃ ১৭৭; ৫০ ঃ ১৫
থাবিখি শুঐব মখোইদা ৭ ঃ ৮৬; ১১ ঃ ৮৫;
২৯ ঃ ৩৭
লমজিং য়াখিদে মখোই ৭ ঃ ৮৯, ৯১; ৯ ঃ ৭০
লুহোংখি মুসানা, নিংঙোন অমা ২৪ ঃ ২৪
লৈখি মহাক চহি৮দগী
তরা ফাওবা ৮ ঃ ১০; ২৮ ঃ ২২-২৯
রায়েল-চৈরাক পীখি
মখোইবু ৭ ঃ ৯২; ১৫ ঃ ৭৯, ৮০; ৫০ ঃ ১৫

মদিনহ

খোংবান তৌখি অকোয়বদা ঙাক্লবগী
লান্দারকখিবদা মীচঙ তৌনদুনা
তিন্নখিবশিংনা ৩৩ ঃ ১০, ২৩
চঙশনখি মুহম্মদ ৯ ঃ ৪০; ২৫ ঃ ৫৪
নাগরিকশিং ইনাক খুনহনবিখি ৯ ঃ ৭৪
য়সরিব, অরিবা মমিংনি ৩৩ ঃ ১৪

মরয়ম
অপোকপা, ইমরান কৌই ৬৬ ঃ ১৩
অপোকপী, ধর্ম্ম লৈবী নুপী অমনি ৩ ঃ ৩৬, ৩৭
খনবিখি, নুপীশিংগী মরক্তগী,
মহাক্কী মতমগী ৩ ঃ ৪৩
ঙাক-শেনবিখি জকরিয়হনা,
অঙাং ওইরিঙৈদা ৩ ঃ ৩৮
চিঙ্গাক ফংখি অল্লাহদগী ৩ ঃ ৩৮
ধর্ম্ম ফম্বেনবীনি ৩ ঃ ৪৩; ৫ ঃ ৭৬; ২১ ঃ ৯২

## মসজিদ



## মহদী



## ময়ায় লম্বী



## মি'রাজ



## মিশনারী

## মুনাফিক (মতাৎ তৌবা মী)শিং



## মুসা

লমল খুম্বা (কিসাস)



লান

## লুকমান



## লুত(পৈগম্বর)



## লৈলতুল কদর



## রাশকপা (অল্লাহ পন্দুনা)



## রায়েল বিচার নুমিৎ



শফাঅত (অমগীদমক হায়বিবা, ব্রানোম্বীবা)



শুঐব (পৈগম্বর)



শিবদগী অমুক হিংগৎহনবা

মওং অহমদা খণ্ডহল্লি ৪২ ঃ ৫২
লমফৈ-খোঙফম্নবশিংনা পামখি
চুমদ্রিং থাবিরকপা মখোইদা ২ ঃ ১১৯ ; ৭৪ ঃ ৫২
লোয়নমকনা খঙ-উরবনি ৪ ঃ ১৬৫ ; ১০ ঃ ৪৮ ; ৩৫ ঃ ২৫ ; ৪০ ঃ ৭৯
রাখল ইচঙ থৌহল্লি ১৬ ঃ ৪৫




### হামান



### হারুন



### হিজরত (চৎথোকখিবা)



### হোলি লেন্ড (লমলেন অশেংবা)

তাকপিখি মহাক্কী মীশিংবু ৫ ঃ ২২
ইস্রাঈলশিংনা কিগনবা
ওইদুনা য়াখিদে ৫ ঃ ২৫
থিংবিখি মখোইবু অল্লাহনা
চহি ৪০ চুপ্পা — পঙকোয়
কোয়হনবিখি মখোইবু লৈঙোইলমদা ৫ ঃ ২৭
ৱাশকপিখ্রে ইস্রাঈলশিংদা,
মখোইনা চপচানা ইল্লবদি ধর্ম্ম-নীতি ৫ ঃ ১৩
শেম্বিখ্রে লৈঙাকপা মখোইবু,
লমদম অদুগী ৭ ঃ ১৩৮
হৌখ্রে য়ুমলেপ্পা মখোইনা ১৭ ঃ ৭, ১০৫
-----তৌইগুম্বসুং কায়থংদা
স্বত্ব ফংগনি মুসলিমশিংনা ২১ ঃ ১০৬

হুদ (পৈগম্বর)

থাবিখি আদ কাঙলুপ্তা ৭ ঃ ৬৬ ; ১১ ঃ ৫১
মচিন মনাওনি আদীশিংগী ৭ ঃ ৬৬; ১১ ঃ ৫১; ৪৬ ঃ ২২
মহাকনা হায়বিখি ঃ ভক্তি কৎলু
অল্লাহদা ৭ ঃ ৬৬ ; ১১ ঃ ৫১ ; ৪৬ ঃ ২২
মীশিংনা হায়খি ঃ মহাক মীনমজাওবনি ৭ ঃ ৬৭
--------থারকও হায়খি মহাকনা ধমকা
তৌখিবা ৱায়েল-চৈরাকদু মখোইগী মথক্তা ৭ ঃ ৭১ ; ৪৬ ঃ ২৩
ৱায়েল-চৈরাক্তগী কনবিখি অল্লাহনা,
মহাক অমসুং মহাকপু য়াখিবশিংবু ২৬ ঃ ১৪০
য়াখিদে আদীশিংনা রসুলশিংবু ১১ ঃ ৬০; ২৬ ঃ ১২৪

হুদাইবিয়হগী সন্ধি

অফোংবদা ঈমানইখুম্নবগী মশক
ওইদ্রবসু—তুংদদি ওইখি য়াম্না ফবা জয় ৪৮ ঃ ১
করারশিং, নিংথীজনা ইনখি মুহম্মদনা ৬০ ঃ ১১
থাবিরকখি অঙৈংবা ঈমান্দারশিংগী
মথক্মোইশিংদা ৪৮ ঃ ৫
পেনবিখি অল্লাহনা, ঈমান্দারশিংবু
অমসুং পীবিখি নকশল্লবা জয় অমা ৪৮ ঃ ১৯
ফংখি অচৌবা মতেং অল্লাহদগী ৪৮ ঃ ৪
-----জয়, মথক্তা অচুম্বা থাজদবশিংগী ৪৮ ঃ ২৫
বৈ'ত তৌখি মুসলিমশিংনা,
থাজবা য়াবগী, নবী করীমদা
উপাম্বী অমগী মখাদা ৪৮ ঃ ১১



য়হয়া (পৈগম্বর)

পোক্কনি হায়বা পাও পীখি, জকরিয়হদা ৩ ঃ ৪০ ; ১৯ ঃ ৮ ; ২১ ঃ ৯১
-----মমিং থোনখি অল্লাহ মশামক্তা ৩ ঃ ৪০; ১৯ ঃ ৮
ফংখি কিতাব অমসুং লৌশিং অঙাং ওইরিঙৈদা ১৯ ঃ ১৩
লমচৎ, ফিদম্নঙাইনি ১৯ ঃ ১৪
শাজৎ, ফজখি মপা মমাদা ১৯ ঃ ১৫
সাক্ষী পীদুনা প্রমাণ তৌখি
ৱাহে অমা অচুম্বনি হায়না অল্লাহদগী ৩ ঃ ৪০
য়াইফখোল লৈখি — মহাক পোকখিবা
অমসুং শিখিবা নুমিত্তা অমসুং য়াইফখোল
লৈগনি মহাক শিবদগী অমুক হিংগৎকদবা
নুমিত্তসু ১৯ ঃ ১৬

য়াকুব (পৈগম্বর)

ইব্রাহীমগী নুপীদা হরাওবা পাও
পীখি মহাক পোকপগী ১১ ঃ ৭২
নবীনি অল্লাহগী ২ ঃ ১৩৭; ৩ ঃ ৮৫; ৪ ঃ ১৬৪

## য়ুহার হাবা

Available at

1. **NAZIR NASHR-O-ESHAAT**
   Sadar Anjuman Ahmadiyya
   Qadian, Pin. 143516 (INDIA)

2. **AHMADIYYA MUSLIM MISSION**
   205, New Park Street
   Calcutta-700 017

3. **AHMAD HASAN**
   Vill. Khergao
   B. P.O. Khetrigao
   (IMPHAL EAST) Pin. 795001